# COVERY OF INDIA

# ( ভারতকী শক্তম তাকপা )

পুখোকপা

'M' Press U.K.R.B., I



ডিরে' শারো'

Order No. 1/12/89-AC Dated 13.10.1989
Printed at : "M" Press U.K. Road (Manipur)

# DISCOVERY OF INDIA

## ( ভারতকী শক্তম্ তাকপা )

WRITTEN BY : JAWAHARLAL NEHRU

মণিপুরীদা হন্দোক্পা ঃ
এম্. তোম্চা সিংহ

ফোংদোকচবা ঃ
ডিরেক্টোরেট ওফ আর্ট এন্দ কলচর
গোভর্মেন্ট ওফ মণিপুর

# FOREWORD

# লময়ানবা

ঐগী ইপাগী লাইবিক অহুম,– Glimpes of World History, On Autobiography অমসুং The Discovery of India– অসি পুন্সি চুপ্পা থাজদ্রবনি (থাদোকচদ্রবনি)। লাইবিকশিং অসি, শেংনা হাযবদা, লুনা থোকই।

Glimpses তি, তশেংনমক, ঐগীদমক ইবীবম্বনি। ভাবত্তা অমদি, পৃথিবী শিনবা থুংনা লৈথিবা, নহা-অহল মী পুন্নমক্তা, মীগী ৱাবীবু, লাইবিক অসিদা ইথোক্তুনা তাক্লি। নিংতম্নবগীদমক, মী অমনা, মবনাযমক ওইনা হোৎনজবম্বদু, Autobiography না, হবাওনা লাওজবত নত্তনা, অনৌবা ভারত অমা শেমগৎনবগী খঞ্জবম্বা ৱাখলগী শক্তিবু, ময়েক শেংনা উৎলি। ঐগী ইপানা, লংফৈ চৎখিবা মতমদা, কলিকতাদা ওইনা নিংই, ঐনা, Discovery গী proof লৌবা তাবমই; মতমদু যৌ পোমদুনা, এলাহবাদতা ঐহাক নাদুনা লৈবমই। ভাবত-জাত্তিগী, মশাগী ওইনা লৈজবা, লনগৈবু মনুং থিৎনা হুৎনা, কুপশিন্না, Discovery না থিজিল্লি। ভাবত বাসীগী মীযাম পুন্নবু, লাইবিকশিংসিদা, পুন্না, অমতা ওইনা, মওং তানা শেমগত্তুনা উৎলি: মপান লৈবাক্কী মীয়ামগী ৱাখলসু চিংশিল্লি।

লাইবিকশিং অসিনা, জৱাহবলাল নেহরুবু, মপুক্লিং নুংঙাইবা পোকহনখি। খনবদা মমি তাবকপা, ৱাখলগী শক্তসু, মহাক্না মাংহনলমদে। সাহিত্যগী ফজববু লায়না খংবা ওম্বা, মহাক্কী তোপ তোপ্পা জ্ঞান লৈবমই। ইথোবকপা মতমদা, ই-নিংইবা শকক অদুমক, অমদি ওইবক্কদবা মতিক-মযাই অদুমক, হেক যাবমখৈ কুপ্পা থিজিল্লগা খম্বগা ফোংদোকপনা মহাক্কী অপাম্বনি। মসিপুম্বগী মবমদি, মসিমক্না মচুম্নে, মসিমক্না মবম চাবে, হাযবা নত্তে; মহাকমক্না খোযদাজকবা পামজকবা, থবক থৌদোক অদুগা থাদোক্নবা যাদবা (মবী) শকক অমদি ওইফম থোকপা অদুমক উৎপনি। মহাক অসি মতিক মযাই লৈবা মী অমনি, অদুগা মহাক্কী মতিক মগুণ, মতৌশাগী মমি, মহাক্না ইথোবকপা খুদিংদা তাই।

মমল লৈববা লাইবিক অহুম অসিবু চাং নাযনা ফোংনবা 'the Jawaharlal Nehru Memorial Fund" শেম্নম্বগী পামজবা অদুবু মতম পুম্বদা থুংহনবীগনি।

নিউ দিল্লি

৪, নবেম্বব, ১৯৮০

ইন্দিরা গান্ধি

# ৱাহৌদোক

অহম্মদনগব*' লানবন্নুংদা লৈবা কারাগবদা লৈরিঙৈদা, ১৯৪৪ এপ্রিলদগী সেপ্তেম্বব- থা মপ্তা চংনা লাইরিক অসি ঐহাক্না ইখি। জেলদা মিয়াৎ তামিন্নবা খরদি, অসুক্কী মতিক মপুক ফরম্মী, খুৎ-ই অদু মখোয়না লোযনা পাথোকপী, লোয়ননা মমল য়াম্লবা ৱাফম কয়া অমসু নিংশিংবীরকই। জেলনুংদা লাইরিক অদু অমুক হন্না পাবদা, মখোয়না নিংশিংবীরকপা, ৱাফমশিংদু হাপচিনবা য়াবমখৈ, হাপচিন্নবা, খুদোংচাবা লৌরমই। ঐহাক্না ইবিবা অসিগী দায়ি, কনা অমত্তনা পুদবা নত্তে, অদুগা পুহন্নবা হায়নরুবসু লৈতে; ৱাফম অসি, ঐহাক, ইশিন্নিংদবনি। ঐখোয়না মশীং নাযদবা খন্নখিবা, ৱারী শামিন্নখিবা অদুগীদমক, অহম্মদনগর লানবন্দা লৈমিল্লখিবা, ঐগী মরুপ বন্দিশিং অদুগী মফমদা, তৌবীমন খংবা উত্তুনা, থৱাই হকচাং য়াওনা থাগৎপা তাবনি; ভারতকী ইতিহাস, অমদি খুৎশা হৈবদা শু-নোম্বদা বুদ্ধি লৌশিংদা চাওখৎলম্বা অদুগী, তোঙান তোঙানবা ৱাখল্লোনগী মতাংদা, ঐনা অমকপা লৈতনা শেংনা খংনবা হোৎনবদা, ৱাবী শামিন্নখিবা খন্ন নৈনখিবদুনা চাওন্না মতেং পাংলমই। চহি মতম শাংবগী ৱাদি লায়রদুনা, ঐহাক্কী ওইনা লৈবা ফাওবদা, জেল, নুংঙাইবা মফম নত্তে। অদুবু ঐহাক্কী অপাম্বনা, ৱাখল চোয়হনবা ঙমদ্রবা, মীওইবা জাত্তিবু, পাক্লা শন্না, চপ মান্ননা উখ্রবা, মতিক মগুণ লৈববা, মশা ঙাক্লা চৎপা ঙল্লবা, মী কযাগা তিন্ননা লৈমিন্নরুবনা, ঐহাক্কী ওইনদি কান্নবা, খুদোংচাবা, কয়া অমা ফংলমই।

অহম্মদনগব লানবন মনুংদা, ঐগা লৈমিন্নখিবা মখোয় তরামাথোই অমদি, ভাবতকী ওইনা খংবদা কান্নববা নুংঙাইনিংঙাই ওইববা, তোঙান তোঙানবা কাংলুপকী মীওই ঙাক্লি; মখোয়শিং অদু, ৱাজনিতিগী লমদা সংস্থান কয়াগী মীহুৎ ওইবত নত্তনা ভারত্তা পণ্ডিত ওইবগী অরিবা অনৌবা মনা মথুম কয়া ফংলবা ঙাক্লি, লোযননা মতমগী ওইবা হীবম কয়াদা, খং হৈববা ঙাক্লি। ভাবত্তা ঙাংনবিবা মরুওইবা লোন অয়াম্বা লোয়ননা মতমদুদা অমদি হৌখ্রবা মতমদা, শক্তি লৈনা, ভারতপু মগুণ লৈহনলম্বা, (লোয়দ্রবা) থাযনগী ওইবা লোনশিং অদুবু, অৱাংবা থাক্কী মনা মথুন্না, মহুৎশিন্না, চাওখৎলম্বা' অযৌবা তাংককপু তাক্লি। থাযনগী ওইবা লোনগী মনুংদা, সংস্কৃত অমসুং পালি, অববিক অমসুং পার্সি, অদুগা হৌজিক্কী ওইনা, হিন্দি, উর্দু, বেঙ্গলি, গুজবাটি, মাবাঠি, টেলেগু, সিন্ধি অমসুং উবিষা— পনবা যাই। লম ময়ামসি, থিজিন্দুনা পুথোকপা তারমই; ঐহাক ইশাগী, ঙমজবা শক্তিনা, অমদি মশাদগী থোকচবকপা- ফংবা কান্নবনা, পুথোকইবা লমগী লমখৈ তাকপা তাবমই। ঐহাক্কী লোয়নজরিবা খিবিকপু, ঐহাক্না থাগৎচৈ, ময়ামসিগী মরক্তা মৌলানা অবুল কালাম অজাৎপুদি মরুওইনা মিং পঞ্জনিংই; মহাক্না তাঞ্জবা মখল মথেলগী ঙান্না ঐহাকপু ওষ্থোক্না নুংঙাইহনবীখ্রে; কবি কবিগুম্বদা ঐহাকপু, গোবিন্দ বল্লভ পান্ট, নবেন্দ্র দেব অমসুং এম অসফ আলিবু শুক্লাৎলম্মী।

* Ahmadnagar :— মতম অমগী, বোম্বে প্রসিডেন্সিগী মনুংচন্না লৈবা, অহম্মদনাগব ডিষ্ট্রিক্কী মকওইবা সহরনি। বোম্বে সহবগী নোংপোক্তা মাইল ২১৮ লাপ্না 'সিনা' তুবেল মপান্দা লৈবা সহরনি। স্কাব মাইল অহুমলোমগী এবিয়া ওইবা সহর অদু চেকপননা কোয়শিল্লি। General Wellesley না (কোন্না ভারতকী Governor General ওইখিবনা) ১৮০৩ দা মফম অসি লৌশিনখি। South African War গী মতমদা Boer prisoners— লানফা থম্নবগীদমক লানবন মনুংদা চেকশিন্না শাখিবা কারাগার (জেলখানা) নি।

লাইবিক অসি ঐহাক্না ইবা লোযখিবা চহি অমগা মশুং ফাবক্নে; অদুগা শকক খবদি মতমগা চান্নবক্তবগুম তৌবক্নে, ঐহাক্না ইগ্রবা মতুংদা থৌদোক কযা অমসু থোকচিল্লক্নে। অনৌবা খবসু হাপচিন্নিংলমই; অবোয়বা শককসু অমুক হন্না পানিংলমই; অদুবু নিংই হাযবা অদু মঙাই, কবিমত্তা তৌবা ঙম্লমদে। তশেংনমক ঐহাক্না ঙম্লমদবদি, জেলখানাগী মপান্দা থোক্লকইবা থৌওংশিং অদুনা, লাইবিক ইনবা, ব্রাখল খন্নবা, মতম ফংহল্লমদে। ইদুনা লোযগ্রবা অদুফাওবা, অমুক হন্না পাবফাওবা, ঐ ব্রানা থোকহল্লমই। অহানবদা, ঐহাক্না খুৎনা ইবমই, জেলদগী থাদোবক্লবা মতুংদা টাইপ্ তৌহনবনি. টাইপ তৌববা শকক অদু ফাওবা পানবা মতম ফংলমদে। ইচানুপী. ইন্দিবানা, ইতেং পাংবা লাক্লুনা, ঐহাক্না পুবন্না পোৎলুম অদু খবা য়াংহল্লবা ফাওবদা লাইবিক অদু ফোংবা ঙমখিদে। লাইবিক্কী অবোইবদা 'postscrip' (চিথহৌবা শকক) হাপচিনবা নত্তনা, লাইবিক অদুগী মশাদা হাপচিনবা, হোংদোকপা কবিমত্তা তৌঙমদনা, জেলদা লৈরিঙৈদা ইখিবা অদুমক সুক্বাই কাযদনা অদুম লৈবমই।

মতম খবগী মমাংদা, ঐহাক্না ইখিবা অদু, ঐহাক্না অমুক হন্না পাবা মতমদা, তোপ তোপ্না ব্রাখল অমা ঐঙোন্দা হেক হেক লাকই, লাইবিক ইবশিংনা মখোয মখোয়না ইবা অদুগী মতাংদা কবি খল্লমগদবা, ঐহাক খংদে। ইখা খাজিন্নবা, জেল মনুংগী, তাইবংপানদা তাইওন্নববা ইবাং ফলাং মবক্তা ইখিবা অদু, জেলদগী থোবক্লগা পাবা মতমদা ওন্থোক্না থীনা হোংলবা ব্রাখল পোক্লকাখ। ঙম্নমক থিংনা নত্রবসু, মদুগী মবম খববুদি তশেংনা খংই। ঐহাক্না নক্লবা, অদুন্নদি ওইবগা মোৎ মান্নদবা, কনাগুম্বা অমনা ইবা, খাইনা পান্না পানবা খুংই অমা, ঐহাকসু পাখিবগুম তৌই। ঐঙোন্দা ফাওখিবা অহোংবা অদুগী চাং অদুমক খুৎই অদু পাবদা ফাওবকপগুম তৌই।

মবমসিনা, লাইবিক অসিগী মতাংদসু ঐঙোন্দা ফাওই। ইবিবসি, ঐগী ঙাক ওইববসু, ঙম্নমক্তি নত্তে হাযবা, ঙসিদি ঐঙোন্দা ফাওবে, মতম কয়াগী মমাংদগী, মথৎ মনাও, মবী তত্তনা, কনাগুম্বা খবনা তানশিল্লম্বা অদুগা (লোয়ননা) ইবোইননা, মবী লৈনবা, ঐহাক্না, মতম চংনা তানশিঞ্জবা অদু পুম্বা মিকুপ খবদং লেংদনা লৈবন্নগা, নোংমা নোংমগী মমি শামাজল্লকপগা ইবোইননা, নিংশিংলকপা, শকক খবা, লৈহৌবা অদুনি, ইবিবসি।

আনন্দ ভবন,
এলাহাবাদ,
ডিসেম্বব ২৯, ১৯৪৫।

জৱাহরলাল নেহরু

# ৱাহৈ খরদং ঃ—

নিংতম্বা ভারতকী অহানবা প্রধান মনন্ত্রী ওইবিরম্বা (১৯৪৭-১৯৬৪) পণ্ডিত জৱাবলাল নেহরুনা ইবিরম্বা, পৃথিবীদা মমিং চৎলবা লাইরিক 'The Discovery of India" হায়বা লাইরিক অসিগী মণিপুরীগী অনুবাদতা ফোঙদোক্তুনা মণিপুরী প্রজাদা খুৎশিন্নবা ঙমজবদা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবা পোক্‌চৈ। অহানবমক্তদা পণ্ডিত হেনরুনা ইংরেজী লোন্দা ইবিরম্বা, চেনা ৬০০ রোম পানবা মগুন লৈরবা লাইরিক অসিবু মণিপুৰী লোন্দা হন্দোকপগী অচৌবা থৌদাং লৌবিরিবা, ইকায় খুম্নজরিবা সমাজ সেবক শ্রী মোইরাংথেম তোমচা সিংহবু থাগৎচরি। শ্রীতোমচা বোধচন্দ্র মহারাজগী মতমদা মতম কুইনা এ:দি:সি: ওইরম্বদা নত্তনা নট সংকীর্ত্তননচিংবা মণিপুৰী সংস্কৃতিগী লমদসু থিজিন্দুনা লাইরিক কয়া ফোঙলবা মীশক অমনি। লাইবিক অসিনা অপাবশিংদা পণ্ডিত নেহরুনা মশক তাকপগা লোয়ননা শাংলব ভারতকী ইতিহাস সংস্কৃতিগী শক্লোন অমসুং মতমগী মতুং ইন্না হোংলক্লিবা থৌদোক ৱাথোকশিংবু খঙহনবদা অচৌবা মতেঙ অমা শোয়দনা ওইরগনি নীংই।

লাইরিক অসি মণিপুর সরকারগী আর্ট এন্দ কলচব দিপার্টমেন্টনা ফোঙগদবনি। লাইরিক অসি বিভাগ অসিনা মতৌ কবন্না ফোঙখিবনো হায়বগী মরমদা ৱাফম খরদং মীয়ামদা থমজরি। লাইরিক অসি পুকচেল চাউববা অনুবাদক্ শ্রীতোমচা সিংহনা মশানা অনুবাদ তৌজরগা মণিপুর সরকারদা ফোঙবিনবা হায়জরকখিবনি। মতম অদু ভাবতনা নীংতম্বা ফংবগী চহি ৪৮ শুবা কুমওন অমদি জৱাহরলাল নেহরুগী চহী ২০০ শুবা মপোক কুমওন (১৮৮৯-১৯৮৯) য়াম্না চাউননা পাঙথোকপা মতমনি। ভারতকী লোন কয়াদা হন্দোক্লখ্রবা হেনরুগী 'The Discovery of India" কৌবা লাইরিক অসিসু মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্তুনা ফোঙবা ফৈ খন্দুনা মণিপুর সবকাবনা লাইরিক অসি লৌশিনখি অমসুং ফোঙনবা থৌরাং তৌখি। হায়রিবা মতম অসি ইয়াম্বা শ্রীচোংথাম সমবেন্দ্র সিংহনা বীভাগ অসিগী ডিরেক্টর ওইনা থবক পুবিরি লাইরিক অসি খরা ঙন্না পণ্ডিত নেহরুগী চহী ২০০ শুবা মপোক কুমওন্দা ফোঙলম্বা য়ারম্বনি। অদুবু ওফিসকী ওইবা technical difficulties খবা লৈবদগী মতম চানা ফোঙদোকপা ঙমজখিদবনি। ঐনা খৃ.কু: ১৯৯৮ দা বিভাগ অসিগী ডিরেক্টর ওইনা থবক পুজরবা মতুংদা মতম কুইনা ফোঙবা ঙমদনা লৈরক্লবা লাইরিক অসি ফোঙদবা য়াদে হায়বগী পান্দমগা লোয়ননা সমস্যা লৈরম্বা অদু তায়শিন্নবা হোৎনজখি। তাংকক অনীরক থোক্লা সবকারগী অয়াবা লৌদুনা লাইবিক অসি উরিপোক্তা লৈবা মহাভাবত প্রেসতা শিন্নজদুনা ফোঙনবা তৌজখি। মসিগী থবক অসি ওইনবা হোৎনবদা জোইন্ট ডিবেক্টব ওইবীরীবী ইচন ইবেম্মা ডা: কেঐচ. সোবোজিনি দেবীনা মতেঙ য়াম্না পাংবিখি। মসিগীদমক্তসু ডা: কেঐচ: সোরোজিনি দেবীবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

পণ্ডিত জৱাহবলাল নেহরু (১৮৮৯-১৯৬৪) বু নৌহৌনা অমুক মশক তাক্লিংঙাই ওইদ্রে।

ভারতকী অহানবা প্রধান মন্ত্রী অমা ওইনা মহাক্লা অনৌবা ভারত অসি শেমগৎপীরম্বনি। মহাক জাতিগী লুচিংবনি, য়াম্না হৈশিংলবা ষ্টেটসমেন অমনি, ডিমোক্রেট অমসুং ইন্টরনেশনেলিষ্ট অমনি। অনৌবা বীজ্ঞানগী মীৎয়েংদসু চেৎনা থাজব মীশক অমা ওইনা মহাক্লা ভারত্তা সাইন্স অমসুং টেকনোলোজি চাউখৎনবা কন্না হোৎনখি। মানা হৌদোক্লম্বা 'Non Aligned Movement' অসি পৃথিবীদা শান্তি পুরক্লবগী অচৌবা অন্দোলন

অমা ওইবি। 'ভাবত বন্ন' মীদুনা ইকাইখুন্নপ্রবা পণ্ডিতজীগী ইমুং (Nehru Family) অসি ভাবতকী ইতিহাসতা যাম্না তাঙনা থোক্লবা, অঙকপা অমা ওইদুনা লৈহৌবগদবনি। মাগী মচানুপী ইন্দিবা গান্ধীনা ভাবতকী অহানবা প্রধান মন্ত্রী ওইবা (১৯৬৬) গী নুপী ওইখি অদুগা মাগী মশুনুপা বাজিব গান্ধীসু খৃ. কু: ১৯৮৪ দা প্রাধান মন্ত্রী ওইখি। অসুন্না ভাবতকী প্রধান মন্ত্রী অহুম ওইখিবা ইমুং অমনি।

পণ্ডিত নেহরুগী অতোপ্পা মাযথোঙ অমনা মহাক মমিং চৎপা অইবা অমসুনি। পণ্ডিতজীনা ইবা –

1 "Letters from a Father to a Daughter",

2 "Glimpses of World History"

3. "The Discovery of India"

4 "Autobiography অমসুং মাগী ভাষনসিং অসি মমিং যাম্না চৎলি। মাগী মমিং চৎলবা "The Discovery of India"

অসি মানা অহমদনগর ফোর্ট প্রিজন্দা ফাদোক ওইনা লৈবা মতমদা ইবনি। "ভাবত থাদোকউ" (Quit India Movement) হায়বা অন্দোলন্দা পণ্ডিত নেহরু থাবগা মাগা লোযনবা মকপ ১১ জেলদা ফাজিনদুনা থমখি। খৃ. কু. ১৯৪২, অগষ্টদগী ১৯৪৫ মার্চ ২৮ ফাওবা চঠী অহুম জেলদা লৈখি। জেলদা লৈবিঁগে মনুংদা হায়বদি খৃ. কুমজা ১৯৪৪ গী এপ্রিলদগী চেনা ৬০০ লোম পানবা লাইবিক অসি ইখিবনি। যাম্না অখাঙ কনবা হোৎনবা কনবা অমসুং যাম্না থুনা ইবা ঙম্নগী অবাবা খুদম্নি।

পণ্ডিত নেহরুগী "The Discovery of India" হাযবা লাইবিক অসিগী মবমদা K.R Srinivas Iyengar না হায়বা ৱাফম অমা নীংশিদবা ঙমদে মানা ইবি –

"The principal merit of the 'Discovery' is that it lets us see the mind of its author, helps us to forge the links of our racial memory , and firmly turns our face to the future-but after along, affectionate, an undeistanding an almost lingering gaze at the past, the quest- the vicissitudes in the thrilling voyage of discovery - the deserts, the oases, the hills, the streams, the mountain- tops the hidden vastnesses - the men of might that once had their days of glory but are now nearly coverd by oblivion - the clash of races. the fall of empires, the marvels of architecture the dazzling climbs of epic and drama the vagiegated Kaleidoscopic succession of comedies and tragedies of unpredictable circumstance played on the vast theatre that is India over a space of 3000 years- all are here recaptured with a sure but unlaboured artistry. Never before had Jawaharlal written with more naturalness, more deep conviction, or more homely beauty" (Indian Writing in English 1999)

মথক্কী অসিদগী শঙবা ঙম্মী– লাইবিক অসি চুম্নগী ভাবতকী হৌপ্রবা ইতিহাসপু মাযখুম হাংদোক্লবা হোৎনবা নত্তে। মসিদি ভাবত হায়বা জাতি অসিগী অর্থবু নৌহৌননা অমুক পুথোক্লবা হোৎনবগী খোঙচৎ অমনি। অসিগুম্না মমল যাম্লবা লাইবিক অসিবু মণিপুবদা হন্দোক্লনা মীয়াম্না পাবা ফংহন্নবা হোৎনবিরিবা অনুবাদক শ্রীমোইবাংথেম তোমচা সিংহবু অমুক্কা হন্না থাগৎচবি। লাইবিক অসিদা য়াওবিবা ফজবা অমসুং অশোয অঙাম পুম্নমক অনুবাদক্কীনি হাযনা লৌবিগনি। কবিগুম্না অনীশুবা খুৎনম পুথোকপা তাববদি, অশোয়-

অঙাম য়াওরম্বা পুম্নমক চুমথোক্লবা হোৎনজগনি। অরোইবদা ঐহাক্না মহাভারত প্রেসকী মায়গৈদা লৈবিরিবা ইচিন-ইনাউশিংবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মহাভারত প্রেসনা য়াম্না শাংনা অৱাবা কয়া মায়োক্লখি। মখোয়না থৱায় য়াওনা হোৎনবিবদগী লাইরিক অসি মীয়ামদা খুদোল তৌবা ঙমজখিবনি।

আর্ট নন্দ কলচর বিভাগকী মন্ত্রি ওইবিরম্বা শ্রী এম. বাবু সিংহ, ডা. দল্লিয়ু. থোইবা অমদি বিবাগ অসিগা মরি লৈনবা মীওইশিংনা হিরম অসিদা তেংবাঙবিখিবা পুম্নমকপুসু থৱায় হকচাং য়াওনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

**পোৎশংবম অচৌবা সিংহ**

ডিরেক্টর

ডিরেক্টোরেট ওফ আর্ট এন্দ কলচর

মণিপুর- সরকার।

ইম্ফাল,

ওক্টোবর ১৬, ২০০০

# হিরম লমাই

তককশুবা পন্দুপ ঃ

(NEW PROBLEMS)



তরেৎশুবা পন্দুপ ঃ--

(THE LAST PHASE (1)
CONSOLIDATION OF BRITISH RULE
AND RISE OF NATIONALIST
MOVEMENT)

# চুমথোকচবা

| লমাই মশীং | পরেং মশীং | ৱাহৈ অরানবা | ৱাহৈ চুমথোকপা |
|---|---|---|---|
| ৬ | ২৭ | জেন্দা | জেল্দা |
| ৮ | ৯ | ঔববিন্দু | অববিন্দ |
| ৮ | ৯৫ | নিপা | নুপা |
| ৮ | ১৫ | নিপী | নুপী |
| ১০ | ১০ | ইথিনবা, | ইনোৎ পীবা, |
| ১২ | ২ | তার্কাশনবা | তালশিনবা |
| ১২ | ৫ | ফিলোসোফি | দর্শন-শাস্ত্র |
| ১২ | ২০ | ফাজিন হলক্তবা | ফৎচিহনলক্তবা |
| ১৭ | ২৩ | মীয়াগী | মীয়ামগী |
| ১৯ | ১৯ | অদু | অদুম্ |
| ২১ | ১৫ | পিযাবন | পির্ল (Pearl) |
| ২৫ | ১৬ | আর্ড | আর্থ |
| ২৫ | ১ | নবেম্বব | সেপটেম্বব |
| ৩০ | ১ | কাভেন | বাডেন |
| ৩২ | ১২ | বাডেনওইনাব | বাডেনওইলাব |
| ৩২ | ২০ | হন্না | হান্না |
| ৩২ | ২২ | থাদো হন্নিংদে | থাদোক্হন্নিংদে |
| ৩২ | ২৪ | লোসর্নানিগী | লোসান্নিগী |
| ৩২ | ২৪ | সইজালৈগু | সুইজার্লেণ্ড |
| ৩৩ | ১০ | ডচ্চ | ডটচ্চ |
| ৩৩ | ৯ | যাইবমই | য়াবমই |
| ৩৩ | ১০ | দালাও সান্নি | দালো সান্নি |
| ৩৩ | ১৬ | ইঞ্জিনিযাব | ইন্দিবাস |
| ৩৩ | ১৮ | কে. এন: এম্: | কে: এল্: এম: |
| ৩৩ | ২৫ | এম: অচনসু | এম: অতলস্ |
| ৩৪ | ২৩ | মোন্ট্রেসতা | মোন্ট্রেকসত |
| ৩৪ | ২৩ | মার্নৈালেস | মার্সিলিস্ |
| ৩৬ | ১ | ভাববর্ষবু | ভাবতবর্ষবু |
| ৩৭ | ১৭ | লেপ্লম | লেপ্লমই |
| ৩৭ | ৩১ | অকোযবদা | অঙ্কোবদা (ANGKOR) |
| ৩৯ | ১০ | অমুগ | অমুক্ |
| ৫১ | ১৫ | টামিন্ | টামিল্ |
| ৫১ | ১৭ | মলায়াবী | মলায়ালীস |
| ৬১ | ১৩ | সোমোবিএনগী | সুমিবিয়ানগী |
| ৬৫ | ১ | ভিসেন্ট স্মীট | ভিনসেনট স্মীট |
| ৬৮ | ৫ | উইন্টবনিজ | উইন্টনিটজ |

| লমাই মশীং | পরেং মশীং | ৱাহৈ অরানবা | ৱাহৈ চুমথোকপা |
|---|---|---|---|
| ৮৪ | ৩৩ | ব্লুফিল্ড | ব্লুম ফিল্ড |
| ৯৪ | ১৯ | বাজতবর্দিনি | বাজাতবঙ্গিনি |
| ৯৬ | ২৫ | Murry | Murray |
| ৯৮ | ১ | মবাকাব্যশিং | মহাকাব্যশিং |
| ৯৯ | ১৫ | নির্ভডিটা | নিভেডিটা |
| ১০১ | ২ | জোন | ভোন |
| ১০৩ | ১৮ | ষটকাদা | যিটাকাসদা |
| ১২৬ | ১৩ | ঐচ:সি: ওযেন্স | ঐশ:জি: বেলস |
| ১২৭ | ৮ | বেসলগবদ | বেসনাগবদা |
| ১২৭ | ১১ | গসনাদ | তকশিলাদা |
| ১২৭ | ২৩ | কাবস্ক | কানিসকা |
| ১২৭ | ২১ | শাবাশিংনা | শাকশিংনা |
| ১২৮ | ৩ | মোবোষ্ট্রিযান | জোবোষ্ট্রিযান |
| ১২৯ | ১ | ইশোট | ইনোটা |
| ১২৯ | ২৭ | বালমিত্যনা | বালাডিত্যনা |
| ১২৯ | ২৬ | মহিবাগুনাবু | মিহিবাগুলাবু |
| ১২৯ | ৩৫ | খুবেন | যুবেন |
| ১২৯ | ৩৬ | উজ্জয়ীনর্নিদা | উজ্জয়ীনিদা |
| ১২৯ | ৩৭ | মহাম্মা | মহাত্মা |
| ১২৯ | ৩৮ | কআবব্ | আবব্ |
| ১৩০ | ২ | অন্ধ্রনাই | অন্ধ্রশিংনা |
| ১৩০ | ২ | অন্ত্রদি | অন্ধ্রদি |
| ১৩০ | ৫ | বাজন্দ্রে | বাজেন্দ্র |
| ১৩০ | ৮ | সসনিভকা | সস্সনিত |
| ১৩১ | ৪ | অন্ধ্রা | অন্ধ্র |
| ১৩১ | ১৫ | বেকোড | বেকোর্ড |
| ১৩১ | ২৪ | অর্য্য শাস্ত্র | অর্থ শাস্ত্র |
| ১৩২ | ৩ | মোগন | মোগল |
| ১৩২ | ৪ | ব্রিটেল্লিকা | ব্রিটেন্নিকা |
| ১৩৩ | ১ | মবাইলুর্কানি | মবাইলুকালি |
| ১৩৩ | ২৮ | মোগন | মোগল |
| ১৩৫ | ৩ | দ্রাবিড্রিয়ান | দ্রাবিদিযান্ |
| ১৩৫ | ৭ | গাঠিযান | পাঠিযান |
| ১৩৫ | ৮ | ডোতলয়েল | ডোডবেল না |
| ১৩৭ | ১৯ | মাইঠিযান | সাইঠিয়াম |
| ১৩৭ | ১৯ | হৌবর্পানি | হৌবকপনি |

| লমাই মশীং | পরেং মশীং | রাহে অবানবা | রাহে চুমথোকপা |
|---|---|---|---|
| ১৩৮ | ৫ | নেবোষ্ট্রিয়ান | জোবোষ্ট্রিয়ান |
| ১৩৮ | ৬ | পানিযাগা | পাসিযাগা |
| ১৩৮ | ১৫ | পৃর্কাত | প্রকৃতি |
| ১৩৮ | ১৭ | কোন্সটান টিলোপল | কোন্সটান টিনোপল |
| ১৩৮ | ২২ | সিন্দু | সিন্ধু |
| ১৩৮ | ২৫ | মেশোপেল্টামিয়া | মেশোপোটামিযা |
| ১৩৮ | ২৬ | (সিন) | (সিল) |
| ১৩৮ | ২৭ | এর্তিমিযান | এর্কিমিয়ান |
| ১৩৮ | ২৮ | অডেষ্টা | অভেষ্টা |
| ১৩৯ | ১ | ত্রচিমিযান | এর্কামিয়ান |
| ১৩৯ | ৫ | বেবোষ্ট্রিযান | জোবোষ্ট্রিযান |
| ১৩৯ | ১৭ | স্কপালিস | পাবিস |
| ১৪০ | ১৪ | পোবোন | পৌ বান |
| ১৪০ | ২০ | বেবোষ্ট্রিান | জেবোষ্ট্রিযান |
| ১৪১ | ৮ | এল্যাহবাদ | এলাহাবাদ |
| ১৪১ | ১৩ | বাশী | বাঁশী |
| ১৪২ | ৪ | হেনবী শেৎমা | হেনবী মেৎমা |
| ১৪২ | ৫ | গ্রীফ | গ্রীক |
| ১৪২ | ৬ | ডোডতসবা | ডোডসন |
| ১৪২ | ৬ | কর্নশিনা | কর্নশিয়া |
| ১৪২ | ১৪ | এবিঙ্গোতল | এবিস্তোতল |
| ১৪৪ | ১৪ | খুংমক | খুদিংমক |
| ১৪৫ | ৭ | সর্মাগদ | মসাসদ |
| ১৪৫ | ২৫ | প্রীক | গ্রীক |
| ১৪৫ | ২৫ | ধাতৃ | ধাতু |
| ১৪৫ | ২৯ | কৃকগা | কৃষ্ণ |
| ১৪৬ | ২৫ | বোওলিসকা | বোলিনসনা |
| ১৪৬ | ২৭ | প্লোটোগী | প্লেটোগা |
| ১৪৬ | ৩১ | অলবাকবানা | অলবীকানা |
| ১৪৬ | ৩১ | বাগদাত্তা | বাগদাদ তা |
| ১৪৭ | ১৪ | এপোল্লেন্দি | এপোল্লো |
| ১৪৮ | ১ | গ্রীক্কী | গ্রীকুগী |
| ১৪৮ | ১০ | পার্লিনিনা | পার্নানা |
| ১৪৮ | ১২ | কানাগী | কাননগী |
| ১৪৮ | ১৬ | জোটা | ছোটা |
| ১৪৮ | ১৬ | য়ামগড | বামগড |
| ১৪৮ | ১৬ | লৈবুংদা | লৈনুংদা |
| ১৪৮ | ২০ | থেকলকপা | থোকলকপা |
| ১৪৮ | ২৮ | সিলহৈন্ | সিলভেইন |
| ১৪৮ | ২৮ | নিভিনা | লিভিনা |
| ১৪৯ | ১২ | উজ্জবীনি | উজ্জয়ীনি |
| ১৪৯ | ১২ | কোট্রগী | বাম্সভাগী |
| ১৪৯ | ২০ | বাহবনা | বাইদবনা |
| ১৪৯ | ২৩ | কলিদাস | কালিদাস |
| ১৫০ | ৭ | এবাক্রিওন | এনাক্রিওন |
| ১৫০ | ৭ | হোবাক | হোবাস |
| ১৫০ | ৭ | সোকোক্স | সোফোলিস্ |
| ১৫০ | ৭ | ভীগ্তিল | ভিবজিল |
| ২৫০ | ৭ | মিল্টবগদি | মিলটোন |
| ১৫০ | ৮ | তোৎন লৌবা | থোৎন নৌবা |
| ১৫০ | ৯ | নিংহল্লি | নিংহননহল্লি |
| ১৫০ | ১১ | বিশাবা | বিশাকা |
| ১৫০ | ১২ | মন্ত্রিমকো | মন্ত্রি মকোক |
| ১৫০ | ১৬ | উইনসন্না | উইলসন্না |
| ১৫১ | ১৬ | মিতসামব | মিডসুম্মব |
| ১৫১ | ১৭ | সীনাবন | সাধাবন |
| ১৫১ | ২৫ | সিল্ডিযান | সিলভিযান |
| ১৫২ | ১১ | তাথমৈ | তাথিনৈ |
| ১৫২ | ১৫ | পিদ্রিফ | পিদ্রিক্ |
| ১৫২ | ২৫ | লখী | লক্ষী |
| ১৫২ | ৩১ | দর্শন্নিক | দর্শননিক |
| ১৫২ | ৩৬ | জাকক্যনা | চানক্যনা |
| ১৫৩ | ৮ | ত্রেজেতিগা | ত্রেজেদিগী |
| ১৫৩ | ১৮ | মৃঝকটিকা | মৃছুকাটিকা |
| ১৫৩ | ১৯ | মোসেক টড প্রটচ্চনা | জোসেফ উড ক্রুটত |
| ১৫৪ | ১৪ | জেন্স | জোন্স |
| ১৫৪ | ১১ | চচ্চা | চর্চ্চা |
| ১৫৫ | ২০ | পাডনা | বাবথনা |
| ১৫৫ | ৩১ | গ্রীফ পাটিনগী | গ্রীক লেটিনগী |
| | | Indidels | Infideles |
| | | litteracles | Iitterales |
| ১৫৬ | ২০ | গার্শিন | পার্শিযান |
| ১৫৬ | ২৮ | ডেন্টিগী | ডান্টেগী |
| ১৫৭ | ২৬ | অগামী | অসামী |
| ১৫৭ | ২৭ | দ্রাবিদ্রয়ান | দ্রাবিদীযান |
| ১৫৮ | ১১ | স্লেভোনিক | স্লাভোনিক |

| লমাই মশীং | পরেং মশীং | ৱাহে অরানবা | ৱাহে চুমথোকপা |
|---|---|---|---|
| ১৫৮ | ১৩ | লিথনিয়াজি | লিথুৱানিয়ান |
| ১৫৯ | ১২ | মতমদেনা | মতমদনো |
| ১৫৯ | ১১ | নৈলবমই | নৈনবমই |
| ১৫৯ | ২০ | পৃকৃতি | প্রকৃতি |
| ১৬০ | ৭ | মিষ্টব | মিসিজ |
| ১৬০ | ৭ | র্ডোভিম্না | দেভিদশনা |
| ১৬০ | ২২ | হিলাযা | হিনাযানা |
| ১৬০ | ২৫ | মহাবানগা | মাহায়ানাগা |
| ১৬০ | ৩৫ | কনিসক্কা | কানিসকনা |
| ১৬১ | ১২ | ইউ:এস:এম:আব | ইউ:এস:এস:আব |
| ১৬১ | ১৫ | লম্লবু | মগুনবু |
| ১৬১ | ১৬ | হিকেনগীগা | হিগেলগীনা |
| ১৬১ | ২১ | বৌ ধর্ম্মগী | বৌদ্ধ ধর্ম্মগী |
| ১৬১ | ২৪ | নাবায্য | বুবিয়েৎতা |
| ১৬১ | ৩৫ | অভিধর্ম্মকে | "অভিধর্ম্মকোস" |
| ১৬২ | ২ | জেন্দা | জেলদা |
| ১৬২ | ৩ | কেবনা | দেবনা |
| ১৬২ | ৫ | মেটাফিজিক্কী | মেটাফিজিক্‌সকী |
| ১৬২ | ১৫ | বাইকৃকন্না | বাধা কৃষন্না |
| ১৬৩ | ১৮ | হিনাযানাগী | হিনা য়ানাগী |
| ১৬৩ | ৩১ | বাবজুন | নগাবজুন্‌ |
| ১৬৫ | ২৫ | আচ্চা পুজা | আজা-পুজা |
| ১৬৫ | ২৫ | ধর্মজর্মগী | ধর্মকর্মগী |
| ১৬৬ | ২৮ | মত্যকাম | সত্যকাম |
| ১৬৬ | ২৮ | থবলাগী | যবলা |
| ১৬৮ | ১ | এন্দব | এন্দ্রে |
| ১৬৮ | ১৪ | মালবোক্সত | মালবোক্সত |
| ১৬৯ | ১২ | ডেভিহন্না | ডেভিদস |
| ১৬৯ | ৩৪ | চনাশিনখিবমগী | চনাশিনখিবম্মী |
| ১৬৯ | ৩৫ | শিংথাননা | শিংথানবা |
| ১৬৯ | ১৮ | ব্রাহ্ম | ব্রাহ্মণ |
| ১৭০ | ৮ | খুৎনি খুৎনি | মুৎলি মুৎলি |
| ১৭১ | ২ | চথবকপা | চথবকপা |
| ১৭১ | ১১ | ফৈযেংনবমগনি | ফৈবেংনবমগনি |
| ১৭২ | ২৮ | হাভেল্লনা | হাভেলনা |
| ১৭২ | ২৯ | মযা | মবা |
| ১৭৩ | ১৮ | যাবদাদা | য়ানদবা |
| ১৭৩ | ৩০ | প্রো: কায়হন্দনা | প্রে: কয়থ না |
| ১৭৩ | ৩০ | সেক্স | মেক্স |
| ১৭৪ | ১ | মতাং শকক্‌ | মতাং তকক্‌ |
| ১৭৪ | ৭ | মোগ | যোগ |
| ১৭৪ | ২৩ | বিশেশিখা | ভিশেসিকা |
| ১৭৪ | ২৬ | ফিলোসোফিদ | ধর্ম্মগা |
| ১৭৫ | ৬ | অদি | অর্মাদ |
| ১৭৫ | ২১ | (Caure) | (Cause) |
| ১৭৫ | ২৭ | পটঞ্জালি | পটাঞ্জালি |
| ১৭৫ | ৩০ | লেনিনগ্রেট | লেনিনগ্রেদ |
| ১৭৬ | ২ | তশ্বীবগা | তশ্বীবগা |
| ১৭৬ | ৩ | মেটাফিজিক্কী | মেটাফিজিক্সকী |
| ১৭৬ | ১১ | যোগী | যোগগী |
| ১৭৭ | ২৩ | কাওম | কাওখ |
| ১৭৭ | ৩০ | শিথবক্লবতদা | শিথবক্লবতদা |
| ১৭৮ | ৬ | পাশিয়ান সার্কিমশিংগী | পাশিয়ন সুফিস |
| ১৭৮ | ৫ | বোম্যান | বোমন |
| ১৭৮ | ৮ | বেলেগুনা | বোলান্দ |
| ১৭৮ | ১৬ | ঔর্বাবিন্দু | অববিন্দ |
| ১৭৯ | ১ | (পববাত্মাসি) | (পবমাত্মাসি) |
| ১৭৯ | ২৭ | অস্কপা | অঙ্ক |
| ১৮০ | ৯ | বর্দবিনাথদনি | কেদবিনাথদনি |
| ১৮০ | ১৬ | শন্দোলমই | শন্দোক্লমই |
| ১৮১ | ৩ | (শুবং) | (শুকং) |
| ১৮১ | ৫ | লৈতে | লৈতেম |
| ১৮২ | ৫ | মঙ্গোসিয়া | মঙ্গোলিয়া |
| ১৮২ | ১৩ | ইন্দ-চীনা | ইন্দো-চীনা |
| ১৮২ | ২২ | বুদ্ধ-ধর্ম্ম | বুদ্ধী-ধর্ম্ম |
| ১৮২ | ২৮ | থৌদোং | থৌদাং |
| ১৮৩ | ৬/৭ | কা-হিয়ান | ফা-হিয়ান |
| ১৮৩ | ১৪ | কজা | কুচা |
| ১৮৩ | ১৪ | কেটবন | খোতান |
| ১৮৩ | ১৯ | লালন্দ | নালন্দ |
| ১৮৩ | ২৮ | বিবান | বিববন |
| ১৮৪ | ১৫ | কেল্টিক্কীগা | কেলটিক্কীগা |
| ১৮৪ | ২৬ | হর্ষদ্ধব | হর্ষবদ্ধন |
| ১৮৪ | ৩৩ | থাবিবকই | থাবিবকউ |
| ১৮৫ | ৬ | ললন্দ | নলন্দ |
| ১৮৫ | ১০ | জত্রিক্‌ | যাত্রিক্‌ |

| লমাই মশীং | পরেং মশীং | ৱাহে অরানবা | ৱাহে চুমথোকপা |
|---|---|---|---|
| ১৮৫ | ১৮ | ফ্রাংটং | ক্রাংটং |
| ১৮৬ | ২০ | মহাম্না | মহাক্রা |
| ১৮৭ | ১১ | ভোভেলোক্রা | তুঘলোক্রা |
| ১৮৭ | ১৫ | সিযেক উদ সিন | সিযেফ উদদিন |
| ১৮৭ | ১৭ | অঙ্কপা | অঙকপা |
| ১৮৭ | ৫ | ব্রিটিনা | ব্রিটিশনা |
| ১৮৭ | ৮ | মুনুংফানা | মনুংফাওনা |
| ১৮৭ | ৮ | অমকু | অমুক |
| ১৮৭ | ১২ | লৌহৌবনা | লৌহৌনা |
| ১৮৮ | ১ | ওবালিনা | বালিনা |
| ১৮৯ | ৫ | অঙ্কপা | অঙকপা |
| ১৮৯ | ১৬ | কুটদ্রবা | কুটাদ্রবা |
| ১৯০ | ১ | ইলিতগৈংনা | ইলওটনা |
| ১৯০ | ১ | ব্রাখলগা | ৱাখলগী |
| ১৯০ | ১১ | ক্কাবিচনা | ক্কালিটচনা |
| ১৯০ | ২৭ | লইদুনা | ওইদুনা |
| ১৯০ | ২৭ | বলদা | বালদা |
| ১৯০ | ২৮ | গ্রীফ | গ্রীক |
| ১৯১ | ৫ | নোর্মাখিবগী | যোনাখিবগী |
| ১৯১ | ১১ | হেগু | হেগ |
| ১৯১ | ২২ | অববম | অবব |
| ১৯১ | ২৭ | কাসিযাম্না | ফা হিযেননা |
| ১৯১ | ২৭ | ববেমদা | ধর্ম্মাদা |
| ১৯২ | ২৪ | সধাব | সধানা |
| ১৯৩ | ২২ | জযবর্ম্মনা | জযবর্ম্মণ |
| ১৯৩ | ২৬ | যশবক্ষনা | যশবর্ম্মন |
| ১৯৩ | ২৬ | ইন্দবক্ষনা | ইন্দ্রবর্ম্মন |
| ১৯৩ | ২৭ | এস্কোব | এঙ্কোব |
| ১৯৩ | ২৮ | গাংকী | ভাংকী |
| ১৯৩ | ৩২ | কুর্মাথ | ফুর্মাথ |
| ১৯৪ | ১ | চোলশিং | চোলাশিং |
| ১৯৪ | ৬ | যব | যাভা |
| ১৯৪ | ১৮ | অস্কপানা | অংকপানি |
| ১৯৪ | ২০ | শ্রীধবিজাযা | শ্রীবিজযা |
| ১৯৪ | ২২ | আবব | আবব |
| ১৯৪ | ২৩ | অমুক | অসৃক |
| ১৯৫ | ৬ | নায়তামতানা | নায়তোমতানা |
| ১৯৫ | ১৪ | ইন্দুনেশিয়া | ইন্দো নেশিয়া |

| লমাই মশীং | পরেং মশীং | ৱাহে অরানবা | ৱাহে চুমথোকপা |
|---|---|---|---|
| ১৯৫ | ২১ | থাইলেনহদত | থাইলেন্দতা |
| ১৯৫ | ২৩ | যব | যাভা |
| ১৯৬ | ৪ | এস্কোব | এঙ্কোব |
| ১৯৬ | ৬ | মিংওয়েন | সিংওয়েল |
| ১৯৬ | ২৩ | থ্রগবিচ | ক্কাবিচ |
| ১৯৬ | ১২ | জযবক্ষন | জয়বর্ম্মণ |
| ১৯৭ | ৩ | যব | যাভা |
| ১৯৭ | ১১ | মিলভিযান | সিলভিয়ান |
| ১৯৭ | ২২ | বোর্লিও | বোর্নিও |
| ১৯৭ | ২৩ | শিদ্রনা | শিদনা |
| ১৯৭ | ২৩ | সোকোন | সোকোত্রা |
| ১৯৮ | ১ | অঙ্কপা | অঙক্পা |
| ১৯৮ | ১৩ | চনবনা | চমমনবনা |
| ১৯৯ | ২১ | উইদমি | উইদম |
| ১৯৯ | ৩৫ | লেবেনস বিনিযোন | লোবেন্স বিনয়োনন |
| ১৯৯ | ২৮ | মিংলযনা | সিট ওইল |
| ২০০ | ২৬ | খৃষ্টাবন্দনা | খৃষ্টাবদনা |
| ২০০ | ২৬ | পুশান্না | কুশান্না |
| ২০০ | ২১ | অহাংবা | অহানবা |
| ২০০ | ২৮ | মতা | মকা |
| ২০১ | ৮ | খল্লম্বা | থল্লম্বা |
| ২০১ | ১১ | চাং নবকসু | চানববসু |
| ২০১ | ১২ | প্রথিবী | পৃথিবী |
| ২০১ | ২৪ | বেদ্ধিসত্ত্ব | বোদ্ধিসত্ত্ব |
| ২০২ | ১৭ | কোমিষ্ট্র | কেমিষ্ট্রি |
| ২০৪ | ১১ | নেনোলিযান | নেপোলিয়ান |
| ২০৭ | ২৮ | কশাগা | কলাগা |
| ২০৮ | ১ | বামানুজ | বামানুজ |
| ২০৮ | ৬ | কেটি | কোটি |
| ২০৯ | ১৬ | যশবর্ম্মব | যশবর্ম্মণ |
| ২১০ | ৫ | কবিব | কবি |
| ২১০ | ১৪ | যাওনা | যাম্না |
| ২১০ | ৩০ | উজ্জবীনি | উজ্জয়ীনি |
| ২১২ | ৩৩ | লর্মাশিনবগুমলমই | লংশিনবগুমলমই |
| ২১৪ | ২ | হিটমেন | হিউয়েন |
| ২১৪ | ১২ | চেনশিবা | চেনখিবা |
| ২১৪ | ১১ | মহাদদ | মহাম্মদ |
| ২১৫ | ৩ | চেংদ্রিযান | চালডিয়ান |

| লমাই মশীং | পরেং মশীং | রাহে অরানবা | রাহে চুমথোকপা |
|---|---|---|---|
| ২১৫ | ২৬ | খুৎখন | খুৎকন |
| ২১৫ | ৩১ | ব্রাগ্যাতা | বাগদাদতা |
| ২১৭ | ১২ | শিম্বু | শিঙ্কু |
| ২১৭ | ১৪ | কৌনা | কৌবা |
| ২১৭ | ১৪ | উর্ক | টর্ক |
| ২১৭ | ২৪ | শ্লাবনাদগী | শ্বাবাভানাদগী |
| ২১৯ | ৩২ | কোবেবালা | কোবোডোবা |
| ২৩০ | ২৭ | টুমুবনা | টিমুবনা |
| ২৩০ | ৩১ | জেমুনাবদিন | জৈনুলাবদিন |
| ২৩৯ | ২৮ | য়াজবা | য়াদবা |
| ২৪৪ | ২৫ | মস্তে | নস্তে |
| ২৫৫ | ২৪ | মচা | মবা |
| ২৫৫ | ৩৩ | অব্রা | অব্রাং |
| ২৫৬ | ৪ | থোগন | মোগল |
| ২৫৬ | ৩ | সমজিদ | মসজিত |
| ২৫৬ | ২১ | জেন্স | জেমস |
| ২৫৬ | ২৩ | আওবঙ্গজেব | ঔবঙ্গজেব |
| ২৫৭ | ৮ | বাজপুটশিং | বাজপুটশিং |
| ২৬০ | ১৮ | খলনা | ফলনা |
| ২৬০ | ১৮ | অদুগানিষ্টান | আফগানিষ্টান |
| ২৬০ | ২৯ | পলামীগী | পালাসীগী |
| ২৬১ | ২৬ | মেকড | মেটকলফ |
| ২৬২ | ১৯ | অমদি | নত্তুগা |
| ২৬২ | ২০ | কইবো | কুইবোই |
| ২৬৩ | ১৫ | মশ্বন্ট | যশ্বন্ট |
| ২৬৩ | ৯ | লাওহল্লমই | শাওহল্লমই |
| ২৬৩ | ১১ | গেশৰাব | পেশৰাব |
| ২৬৪ | ২৫ | লাকউ | লাকই |
| ২৬৭ | ১ | বনজিৎশিং | বনজিৎসিংহ |
| ২৬৭ | ২১ | পঞ্জাপতা | পঞ্জাবতা |
| ২৬৮ | ৭ | বনজিৎসিংহশিংনা | বর্নজিৎসিংহনা |
| ২৬৮ | ১৬ | ১৭৮৩ | ১৭৪৩ |
| ২৬৮ | ১৮ | বামাঠাশিং | মবাঠাশিং |
| ২৭০ | ২ | ডি. এষ্টে | ডি: এনষ্টে |
| ২৭০ | ২২ | (Anstrey) (১৯৫৭) | (ANSTEY) ১৭৫৭ |
| ২৭১ | ২৮ | নৌথেকহল্লমই | নৌথোকহল্লমই |
| ২৭২ | ৩ | (Rice) | (Rise) |
| ২৭৩ | ১৬ | চেন্দোং | চেফোং |

| লমাই মশীং | পরেং মশীং | রাহে অরানবা | রাহে চুমথোকপা |
|---|---|---|---|
| ২৭৩ | ১৭ | মহারাজ | মহাবানি |
| ২৭৩ | ২৮ | এডব্রাড | এডব্বার্ড |
| ২৭৭ | ৩০ | লাইবসিগী | লাকইবসিগী |
| ২৭৭ | ৩২ | চেবা | চাবা |
| ২৭৭ | ৩৫ | কাউন্না | ক্রাউননা |
| ২৭৮ | ৩৪ | পীবোপসু | মীরোনসু |
| ২৮৩ | ২৫ | কেনা | কেশ |
| ২৮৪ | ২২ | খংদবা | ফংদবা |
| ২৮৭ | ১৯ | থোইনশিন | থৌইনশিন |
| ২৯০ | ১৮ | ষ্টে | ষ্টেট |
| ২৯০ | ১৪ | অসিন অসি | অনির্সিনা |
| ২৯০ | ২৫ | Excuring | Security |
| ২৯১ | ১৭ | পেব্রেম | পোব্রেম |
| ২৯১ | ২০ | Metcholfe | Metcalfe |
| ২৯১ | ৩২ | খোংজৈ | খোংলৈ |
| ২৯১ | ৩৪ | থৌদৌক | থৌদোক |
| ২৯২ | ৪ | ত্রিবাস্কুব | ত্রিবানকোব |
| ২৯২ | ৫ | মদপুব | যধপুব |
| ২৯২ | ৭ | পঞ্চাব | পঞ্জাব |
| ২৯২ | ১১ | হন্দুনা | হন্থুনা |
| ২৯৪ | ২৫ | ওউর্চ | ঔর্ধ |
| ২৯৫ | ৩৭ | ললানববু | লমলানবা |
| ২৯৬ | ১৬ | ওউট | ঔর্ধ |
| ২৯৬ | ৩৪ | শেলঙাঙকায় | শেলভাবশকার |
| ৩০৩ | ২৪ | লাম্বেংনিংবগী | লাম্বেংনানংবগী |
| ৩০৩ | ৩৪ | হন্দুনা | হিন্দুনা |
| ৩০৪ | ৯ | ইবৈমা | ইবৈনা |
| ৩০৪ | ১০ | ১৮৫৭-৫১ | ১৮৫৭ ৫৮ |
| ৩০৫ | ১৬ | ক্রন্মব্রত | ব্রহ্মাভাবতা |
| ৩০৭ | ৩ | গুউদকী | ঔধ |
| ৩০৭ | ৩২ | টান্তিয়া তোনি | টান্তিয়া তোপী |
| ৩০৭ | ৩৫ | লানসিগী | ঝানসিগী |
| ৩০৮ | ২৭ | সভাবক | সাভাবকাব |
| ৩০৮ | ২১ | কাইযে অমসুং মেলসন | কাযি অমসুং কাইয়ে অমসুং মোলিসোন |
| ৩০৮ | ২৯ | নেইলন | নৈএল |
| ৩০৮ | ১০ | জলিনবল | জালিনবালা বাগ |
| ৩০৯ | ১৮ | ফীযুবব | ফীয়ুহবব |
| ৩১০ | ৭ | প্রোতিনসকী | প্রোভীন্সকী |

| লমাই মশীং | পরেং মশীং | ৱাহৈ অরানবা | ৱাহৈ চুমথোকপা |
|---|---|---|---|

* Quoted in "Rise and Fulfilment of British Rule in India' Edward Thompson & G T Garrett (London 1935) Page ৩১০ দা লৈগদবা

| লমাই মশীং | পরেং মশীং | ৱাহৈ অরানবা | ৱাহৈ চুমথোকপা |
|---|---|---|---|
| ৩১১ | ৭ | ডালুকদাব | তালুকদাব |
| ৩১২ | ৮ | ওটবত | ঔধ |
| ৩১১ | ৯ | ফিউদেসকী | ফীউদেলগী |
| ৩১১ | ১৭ | মিঠাতানিদা | মীয়ুতিনি |
| ২১২ | ১ | মোনবো | মুনবো |
| ৩১৫ | ১২ | স্কোটলক্তগী সহব ডক্তিদা | স্কোটলেন্দগী ডন্দি |
| ৩১৫ | ১৪ | লনকায়বমচা | লানকাশীব |
| ৩১৬ | ৬ | গ্রীনো বোমান | গ্রীকো বোমান |
| ৩২৬ | ১৪ | খোজমোমোন অমসুং বোহজনি | খোজ্যাম মীমোনস অমসুং বোহবাস |
| ৩১৬ | ২৮ | সেঠ | শ্রেষ্টি |
| ৩১৬ | ৩০ | তাম্রবা | তামপ্রবা |
| ২১৭ | ২৭ | কিপন | পীকনা |
| ৩১৭ | ২৯ | ইকুবেন্স | ইনসুবেন্স |
| ৩১৮ | ৩০ | জমাইকা | জামায়কা |
| ৩১৮ | ৩০ | গুয়না | গুয়েনা |
| ৩১৮ | ৩০ | মোবিঠস | মেয়ুবীতিয়স |
| ৩১৯ | ৮ | ব্রাহ্মণ | ব্রাহ্মা |
| ৩১৯ | ১৩ | স্বামী দয়ানন্দ | স্বামী দায়ান্দা শ্ববস্বাতি |
| ৩২০ | ৩২ | মটস্বগী | অঁদ্বৈতা |
| ৩২৩ | ৩ | অমলমোজ | অলমোবা |
| ৩২৩ | ৪ | কেপ কমবিন | কেপ কোমোবিন |
| ৩২৩ | ২৬ | উর্ফানিষদত | উপনিষদ |
| ৩২৪ | ১৯ | অন্নিযা বসন্ত | এনি বিসানত |
| ৩২৬ | ১ | সৈয়দ অহমদ খন | সৈয়দ অহমদ খান |
| ৩২৮ | ২ | চিবগ | চিবাগ |
| ৩২৮ | ১৩ | ওকজেক | ওবজেক |
| ৩২৮ | ২ | মেহসিন | মোহসিন |
| ৩২৮ | ২ | উল-সুহ্ম | উল-মু-হ্ম |
| ৩২৮ | ৩ | মুসি কবম অলি | মুনসি কাবামট অলি |
| ৩২৮ | ৩ | মুন্সি জাকৌলাহ | মুন্সি জাকৌল্লাহ |
| ৩২৮ | ৪ | শিব্ল নোমানি | সিব্লিনোমানি |
| ৩২৮ | ৪ | কবি অলি | কবি হলি |
| ৩২৮ | ৬ | মহম্মদন | মোহাম্মেদন |
| ৩২৯ | ৫ | গুল-হিলাল | এল-হিলাল |
| ৩২৯ | ৩৭ | সিব্রিনোমনী | সিবলি নোমানি |
| ৩৩২ | ৪ | এতটক | এতার্টরক |
| ৩৩৫ | ৪ | ঐহাক | ঔহাক |
| ৩৩৫ | ৪ | গোখাল | গোখলে |
| ৩৩৫ | ৬ | গোপাল কৃষব গোখাল | গোপাল কৃষ্ণনা গোখ্লে |
| ৩৩৫ | ২৮ | অগা খাঁন | অগা খান |
| ৩৩৬ | ৩২ | ইলেষ্টাটেশিং | ইলেষ্টোবেটশিং |
| ৩৩৮ | ৮ | কোবপতিশিংগী | ক্রোবপতিশিংগী |
| ৩৩৯ | ৩২ | টাকব | টেগোব |
| ৩৪১ | ২৫ | আলসিবাইডস | এলশিবাইএদেস |
| ৩৪১ | ২২ | সাইবেলগী | কোবিবেনতগী |
| ৩৪১ | ২৫ | পেবিকস্‌না | সোকবেতসনা |
| ৩৪১ | ২৮ | মেবিয়জন | মাবয়াসনা |
| ৩৪২ | ১১ | সুময়া | সুকয়া |
| ৩৪৩ | ১৩ | পোজিসলেটিক | লেজিসলেটিভ |
| ৩৫৮ | ৩১ | লেঠ | লিঠি |
| ৩৫৯ | ১৬ | নুংথিল | নুমিদাং |
| ৩৬১ | ২৩ | এম:এ:জিনা | এম:এ:জিন্নাহ |
| ৩৬৬ | ৫ | জামিনএট উল উলেম | জামিএট-উল-উলিমা |
| ৩৬৬ | ৯ | অহবক | অহবাবস |
| ৩৬৬ | ১২ | মোমিন | মোমিনস |
| ৩৬৬ | ১৪ | কৃষব | কৃষক (লৌমি) |
| ৩৬৬ | ২১ ২২ | সুন্নিজ শিয়াজ | সুনিস শিয়াস |
| ৩৬৮ | ৭ | দাবী | দায়ী |
| ৩৬৯ | ৩৪ | হন্দন | হম্বনা (হনথনা) |
| ৩৭০ | ২৩ | ঐহাক | ঔহাক |
| ৩৭৩ | ২৩ | উলফেড কান্টগুয়েল | উলফ্রীদ কানটবেল স্মীথ |
| ৩৭৩ | ৩০ | স্মীডেন | স্মীথেনা |
| ৩৭৩ | ২৩ | সাব সৈয়ৎ | সাব সৈইদ |
| ৩৭৪ | ৬ | তিভানকুব | ত্রিভানকোব |
| ৩৭৬ | ২৫ | কোলোবী | কেলোবী ২৪০০ দগী ২৮০০ |
| ৩৮৪ | ১২ | ইগুসকো | ইগুনসকো |
| ৩৮৫ | ৯ | জি:ডি.ঐচ কোলে | জি:ডি.ঐচ কোলি |
| ৩৮৬ | ১৫ | শিল্লকাপা | শিলকপা |
| ৩৯০ | ১৫ | তেকা | তীকা |
| ৩৯০ | ২৬ | সিলনেডগোনা | লিনলিথগোনা |
| ৩৯১ | ১ | ১১৪.০ | ১১৪.৯ |
| ৩৯১ | ৩৪ | এন:এম:সিন্ধ | এন:এম: জোসি |

| লমাই মশীং | পরেং মশীং | ৱাহৈ অরানবা | ৱাহৈ চুমথোকপা |
|---|---|---|---|
| ৩৯৫ | ৪ | অবিসসিনিয়া | এবিসিসনিয়া |
| ৩৯৫ | ৩০ | স্কানডিনেভিয়া | স্কানন্ডিনাভিয়ান |
| ৪০০ | ৬ | সুডেনলেণ্ড | সুদেনতেনলেন্দ |
| ৪০৩ | ১ | চুংকিংদা | চুংকিংদা |
| ৪০৪ | ৩১ | খরনগা | খননরগা |
| ৪০৪ | ৩১ | উইনটন চাচিল | উইন্সতোন চরচিল |
| ৪১১ | ৩১ | রামগাড | রামগরহ |
| ৪১১ | ৩২ | ডিসওরিডেন্স | ডিসওবিদেন্স |
| ৪১২ | ৩ | ডনত্রিক্কী | ডনকিরক |
| ৪১৩ | ২৪ | অনিরোন | অনিরোম |
| ৪১৪ | ৩ | ব্রিডক্রেজনা | ব্লিতজক্রিজ |
| ৪১৪ | ৫ | জেচলেণ্ডমাকেস | মার্কেস ওফ জেটলেন্দ |
| ৪১৫ | ২০-২১ | “হি পাচিং ওফডি ৱোজ | দি পারতিং ওফ দি ৱেজ’ |
| ৪১৬ | ১২ | লাঞ্জশনগী | লানজাওগী |
| ৪১৬ | ১৩-১৫ ১৬-১৭ | ধর্ম্ম | বর্ম্ম |
| ৪১৮ | ১০ | পেরেল হাবর | পীএরল হাববর |
| ৪১৮ | ১০ | পোসিফিক্কী | পেসিফিক্কী |
| ৪১৯ | ৯ | বাইহৌ | লালহৌ |
| ৪১৯ | ২৫ | মসিকপা | মসিগা |
| ৪২৩ | ২৬ | সার ষ্টেকোল্ড | সার ষ্টাফোর্ড ক্রিপস |
| ৪২৪ | ৩৫ | করিত | করি অমত্তা |
| ৪২৪ | ২ | লিংডেল হাচ | লিন্দেল্ল হার্ট |
| ৪২৫ | ২৮ | জেনরেলিসিমো | জেনেরেলীসসিমো |
| ৪২৫ | ২৮ | চিরাং কৈ-সেক | চিয়াং কৈ-সেক |
| ৪২৯ | ৬ | অরান | অরানবা |
| ৪৩০ | ১ | পেনাং-শিঙ্গপুর | পেনাঙ, সিঙ্গাপুর |
| ৪৩৩ | ১৬ | রেরিকাল কায়েভ | বেরিদাল কায়েথ |
| ৪৩৬ | ২৬ | হেলিফেকনা | হেলিফেক্যানা |
| ৪৩৮ | ৯ | লকলবা | লিকলবা |
| ৪৩৯ | ৭ | পুরকপা | পুরকপগা |
| ৪৩৯ | ১৯ | চুরচিল | চরর্চিল |
| ৪৪৩ | ১৭ | এক্যিস | একসন |
| ৪৪৫ | ৯ | কৃষ্ণদাট পাল্লিৱাল | কৃষ্ণণাদাত পল্লিৱাল |
| ৪৪৫ | ১০ | জীতি | জাতি |
| ৪৪৬ | ৫ | মীপুমথিয়া | মীপুমথিবা |
| ৪৪৬ | ৬ | ভিটি | ভিচি |
| ৪৪৬ | ৬ | জিপসকী | কিপসকী |
| ৪৪৬ | ১৭ | গনক্রিক্কী | দনক্রিক্কী |
| ৪৪৯ | ১২ | চাংজবা | তাংজবা |
| ৪৫৫ | ১০ | মরেংগী | পরেংগী |
| ৪৫৭ | ৯ | পাংলবুস | পাংলবসু |
| ৪৫৭ | ২৪ | নৌহৌবনা | নৌহৌনা |
| ৪৫৭ | ২ | কায়না | কয়ানা |
| ৪৬৪ | ৫ | ক্লাইব ব্রানসোন | ক্লাইভ ব্রানসোন |
| ৪৬৪ | ৭ | রোয়েল | রোয়েল অর্মরড কোর্পসত |
| ৪৬৪ | ৮ | অরকাণ্ডা | অরাকান |
| ৪৬৪ | ১৮ | ২০০ না শোকখি | ৩,২০০ না শোকখি |
| ৪৬৪ | ৩১ | বেক এণ্ড টান্স | ব্লেক এণ্ড তান্স |
| ৪৬৬ | ৪ | নোংনৈ | নোংলৈ |
| ৪৬৬ | ৪ | অমরি | অমেরী |
| ৪৬৮ | ২০ | ওযদেল উইলকি | ওয়েন্দেল উইলকি |
| ৪৬৮ | ২০ | অলঙ্কা | অলাসকা |
| ৪৬৯ | ২৫ | অর্কিবল রোলেভ | অরচিবালদ রোলেন্দ |
| ৪৭২ | ২৭ | জেন উহেদ | জোন উদহেদ |
| ৪৭২ | ২৭ | ৫,০০,০০০ | ১,৫০০,০০০ শিখি |
| ৪৮০ | ১০ | রেককতা | রেকোতা |
| ৪৮১ | ২৮ | মানচকো | মানচুকৌও |
| ৪৮১ | ২৪ | হেলেদ এবেনদ | হালেত এবেনদ |
| ৪৮৩ | ১১ | দরাক | দরকার |
| ৪৮৮ | ২৩ | ওরবিন্দু খোষ | ঔরোবীনদো ঘোষ |
| ৪৯০ | ৩ | পাস্কেল | পাসকেল |
| ৪৯০ | ৩ | দামদি | দিমারচী |
| ৪৯৮ | ১৩ | খনগত্তু | খনগৎতুনা |
| ৪৯৭ | ৩৪ | খোমথোকহল্লগা | কোমথোকহল্লগা |
| ৪৯৮ | ১৩ | ছুম্মনহনগনি | চমমনহনগনি |
| ৪৯৯ | ২৩ | আর:ঐ:টৌনি | অর:ঐশ টৌনি |
| ৫০২ | ১৫ | শবক | শরুক |
| ৫০৩ | ৩৫ | ৱাপম | ৱাফম |
| ৫০৫ | ২০ | থাদোকঅনা | ফাদোক অমনা |
| ৫০৫ | ১৬ | জিমশেলনা | জিমফিলান |
| ৫০৫ | ১৬ | মীচং | মীংচৎ |
| ৫০৫ | ২০ | ফাদোকঅনা | ফাদোক অমনা |
| ৫০৬ | ৩ | রামস্বামী অয়ার | রামশ্বামী আয়ার |
| ৫০৬ | ৩৩ | হায়ানা | হায়না |
| ৫০৭ | ৩৩ | হায়ির | হায়রি |

| লমাই মশীং | পরেং মশীং | ৱাহৈ অৱানবা | ৱাহৈ চুমথোকপা |
|---|---|---|---|
| ৫০৯ | ২৯ | কলহনবা | খলহনবা |
| ৫০৯ | ১৪ | ঐচ.জি:ওয়েল্স | ঐচ:জি: ৱেলস |
| ৫২০ | ২৬ | হায়বিবা | হায়বিবা |
| ৫১০ | ৩৫ | তোবক্রুবসু | থোবক্রুবসু |
| ৫২২ | ২৮ | ওবিবদি | ওইবিবদি |
| ৫২২ | ৩৫ | য়েশিনবীদবা | যেংশিনবীদবা |
| ৫১৩ | ৩০ | ওবিক্কদৌবি | ওইবক্কদৌবি |
| ৫১৩ | ১৬ | অশোনগী | অশোনবগী |
| ৫১৩ | ৩ | খুদোংচাদদা | খুদোংচাদবা |
| ৫১৫ | ১৬ | কোনষ্টানিচনোপল | কোনষ্টানতিনোপল |
| ৫২৫ | ২২ | ওটমান | ওটোমান |
| ৫২৫ | ২৩ | লিওড জৰ্জ্জ | লিওদ জজ্জ |
| | | ক্রেমোনিন্সন | ক্লিমেনশিউ |
| ৫২৬ | ১৬ | | ওযেন্দেল ইউলকী |
| ৫১৬ | ২৬ | | ফ্রেনকো |
| ৫১৬ | ২৯ | অর্মিবিদা | অর্মেবিকাদা |
| ৫১৭ | ২২ | হৌজিকম | হৌজিকমক |
| ৫১৭ | ৩২ | কাইনথংবা | কাইনথংদা |
| ৪১৭ | ৪ | | এন জে স্পীকমেন |
| ৫১৭ | ৩১ | | ৱালটৱ লিপ |
| ৩১৭ | ৩১ | ঐচ জে মেকিন্দব | ঐচ-আই মেকিন্দব |
| ৫১৭ | ৩৩ | ইয়ুবেসিয়া | ইয়ুবোসিয়ান |
| ৫১৮ | ২২ | খুদোথীবদু | খুদোংথীবদু |
| ৫১৮ | ২৪ | নপ্ল | নাপল |
| ৫১৯ | ১৫ | পবশিংগী | পানবশীংগী |
| ৫১৯ | ১৭ | | ফেসিজম |
| ৫১৯ | ১৭ | | নাজিজম |
| ৫২০ | ২৮ | শানদবা | শাদবা |
| ৫২১ | ২৮ | কাবনবৎ | কাববাব |
| ৫২১ | ২৩ | লউকের্নাজ | লডকেনায়স |
| ৫২৩ | ২ | | বুড জাত্তি |
| ৫২৫ | ২৯ | পুরুদবান | পুবক্কদর্বান |
| ৫২৬ | ৫ | অমতা | অমগা |
| ৫২৬ | ৫ | পোংচংগী | পোৎচংগী |
| ৫২৬ | ১৪ | ডি: চৌকগুইভলী | ডি টোকুইভলি |
| ৫২৭ | ২২ | | এথেন্স সম্রাজ |
| ৫২৭ | ২২ | থ্যূর্সাডিসন | থুসিদিদেস |
| ৫২৭ | ২২ | কানগী | কানাগী |
| ৫২৭ | ২৪ | | সির্সালি |

| লমাই মশীং | পরেং মশীং | ৱাহৈ অৱানবা | ৱাহৈ চুমথোকপা |
|---|---|---|---|
| ৫২৭ | ৩৩ | মকক্তা | মবক্তা |
| ৫২৮ | ৯ | মেডিটেনিয়েল | মেজিটীবানীয়েন |
| ৫২৮ | ১২ | মেলোজ | মেলোস |
| ৫২৮ | ১৮ | | এক্রোপোলিস |
| ৫২৮ | ১৮ | স্পাটান | স্পাবটান |
| *৫২৯ | *৫৩০ | দা লৈগদবা | |
| ৫৩০ | ১০ | উবল | উবাল |
| ৫৩০ | ২২ | লু-লানবা | লু-নানবা |
| ৫৩১ | ৩৬ | নেটেস্টেন | নোটেসতেন |
| ৫৩১ | ১১ | শক্ত অমা | শক্তম অমা |
| ৫৩১ | ৩৭ | ই:এস:কুলসচাব | ই:এম কুলিসচব |
| ৫৩২ | ৩৭ | | * জে:বী:এস: হালদানী |
| ৫৩৩ | ৩২ | | * এম: ফোচব |
| ৫৩৩ | ৩৮ | মাটেগু | মাবতেন্দ |
| ৫৩৩ | ৩৮ | কাবেৱা | কাবীৱা |
| ৫৩৩ | ৩৮ | | * লিসিক্রেটস |
| ৫৩৪ | ৯ | le | du |
| ৫৩৭ | ৮ | হুবেনা | ৱাখললোনদগী |
| ৫৩৮ | ৪ | লৈ লৈ | লৈ |
| ৫৩৮ | ১৫ | হোবেনবদা | হোৎনববদা |
| ৫৩৮ | ১৭ | মীওই | মীওইবগী |
| ৫৩৮ | ২৬ | | কোনফুসিয়স |
| ৫৩৮ | ২৮ | | জোন ষ্টুত্রবত মীল |
| ৫৩৮ | ২৪ | ধল্লবদগী | খল্লবদগী |
| ৫৩৯ | ১৯ | | *স্পীনোজ |
| ৬৩৯ | ৩৩ | | *লিও জুনা |
| ৫৪০ | ২ | ফজবুবদি | ফাজববুদি |
| ৫৪৩ | ৬ | ইমার্সন | ইর্মবসন |
| ৫৪৩ | ২৭ | থেবীজ | থেবীস |
| ৫৪৩ | ২৮ | পালমিবা | পোলমীবা |
| ৫৪৫ | ১৫ | | *অহমেদনগব |
| ৫৪৫ | ১৭ | | *গোবিন্দ বল্লভ পন্ট |
| ৫৪৫ | ২৭ | | *নবেন্দ দেব |
| ৫৪৫ | ২৮ | | *বফি অহম্মদ |
| ৫৪৫ | ১৯ | | *কিদৱাই |
| ৫৪৫ | ২২ | | *নাইনি |
| ৫৪৫ | ২১ | | *ইজাৎ নগব |
| ৫৪৫ | ২৪ | হবেন্দ্র দেব | নবেন্দ দেব |
| ৫৪৫ | ২৪ | | *অলমোড়া |

# অহানবা পন্দুপ

## অহানবা তাংকক

# অহম্মদ নগর লানবন থা কুন

*অহম্মদ নগর লানবন,*
*এপ্রিল ১৩, ১৯৪৪*

ঐখোয়বু মফম'সিদা পুবকপা থা কুন হেল্লকলে, মাপ লক শুবা জেলদা থম্বা, থা কুন হেঞ্জিনলকপনি। অহিংগী অতিয়াদা তনিক তনিক্লা লংবা মচেৎ চিহৈ ওইনা থোবকপা, পানখৎলকপগী থাজনা, ঐখোয়বু তবাম্না মফমদুদা ওকলি। চাওখৎলকইবা নিংথিজববা থাজগী থাখাইগী খোংচৎ হৌবকলে। মদুদগী হৌদুনা, অতৎপা লৈতনা থোবকইবা থাজনা ঐহাকপু নিংশিংহল্লি ঐহাক্লা জেলদা লৈবা থা অমা হেল্লকলে হায়বা। মৈগী কুম্মৈ দীপবালিগী মতুংদা থানা পানখৎলকপগা লোয়ননা জেলদা লৈবা ঐহাক্কী অবোযবা মতাং য়ৌবকলম্মী। মতম পুম্বদা, জেলদা, ঐগী লোয়নবা ওইবিবা থাজনা, শক মুন্না খংনবকপনা, যাম্না চান্নববা মকপ ওইবকলে, লোয়ননা নিংশিংহল্লি, পৃথিবীগী ফজববা শক্তম, পুন্সিগী অৱাবা নুংঙাইবা, অমম্বা অমসুং অঙানবগী খোংচৎ, অমদি পোকলগা শিবা, শিবগা পোকপা অনিগী তত্তবা মবী। তত্তনা হোংলি, অদুমনদি ওইবগা মতমপুম্বদা ইমান্দ মান্নবি; নুমিদাংৱাইবমদা, (থাবনগী মশেক্লা য়ৈবদা) তাবকপা মমিনা শাংলিঙৈদা, অহিংগী চিকলবা, মীচিক মীবাওখোন তাদ্রবা মতমদা, মথং নুমিৎ অমা লাক্কদৌবে হায়না নোংঙাল্লমদাইগী (অমম অঙান শিন্নবা মতমগী) নামিবা নুংশিংনা নাপচিক্লা পাওজেল্লকপা মতমদা, ওইবকপা খেৎনববা তোঙান তোঙানবা শকলোন অমদি শক্তম ঐহাক্লা যেংই। থাগী পাক চাওবা মওংনা তাকলি, কয়ানি পানবনো হায়বা, লানবা লৈত্রবা থাজগী নিংথববা শক্তমনা, — হেক যেংউবা মক্তদা। মসি যাম্না লাযবা কেলেণ্ডর্বান (মতম মতমগী শীনজিনবা তাববসু) অদুগা লবুক্তা লৌ শুবিবা লৌমীগী মফমদা মতমগী খোংচৎপু খংহনবদা শ্বায়দগী খুদোং চাহল্লি, লোযননা খংহল্লি মথং মনাও নাইনা চৎলিবা ঋতুগী অহোংবা খোংচৎ।

পৃথিবীগী মপানগী ই-পাও ফংদনা মফম'সিদা চযোল অহুম লেল্লকলি ঐখোযনা। কবিগুম্না মওংগী মবী'মতা লৈনদে, কনাগসু উনদে, চিঠি, খবব অমদি বেদিওগী পাও কবিমতা তাদে। ঐখোয়বু য়েংশিল্লিবা অফিসারশিং নত্তনা কনাদসু (ঐখোয়গী লৈফম) খংহনদবদু সবকাবগী অবোনবা থৌশিল্লা হায়না নিংই; অর্থ যাওদবা কান্নদবা অবোনবা থৌশিলনি, মবমদি ঐখোয় কদায়দা লৈবগে — ভাবত শিনথুংনা খঙনবমই। খব লৈবগা খবব-চে পীবকপা হৌই; চযোন খব লৈবগা নক্লবা মবী-মতাশিংনা যুমগী ই-পাও ইবকপা চিঠি, ঐখোযদা পীবকই। তৌইগুম্বসুং থা কুন চুপ্পসি কনা'মতগা উন্নহন্দে, অতৈ কনাগা মবী লৈনহন্দে।

পাওজেন চেশিংদা য়াওবিবা পাও পূন্নমক কুপশিন্না যেংশিল্লবা ঙাক্লি। অদুমকপু পৃথিবী তম্বায় অমা তুন্নবা লাঞ্জাওগী ইথিন অমা পাওজেনশিংনা ঐখোযদা খঙহল্লি; অদুগা ভারতবর্ষদা লৈবিবা মীয়ামশিংদা লাঞ্জাও'দুনা কবিমতা অন্নাবা পীদে হায়বদুসু ঐখোয়না খঙই। লিশিং কুন কুন্না খুজিং ওইদুনা জেল তাখিবশিং, বিচার তৌদনা দন্ড পীখিবশিং, শিন্ত্রিবা ফাওবা নোংমৈনা কাপতুনা হাংখিবা মী লিশিং কয়া, স্কুল কলেজদগী তাম্থোকখিবা মী লিশিং তরা কুন নত্তনা অতৈ প্রজাশিংগী মরমদা ঐখোয়না কবিমতা খঙলমদে; লানগী মতমদতা চলাইবা আইন, কবিমতা শেমদোক্তনা, লৈবাক পূম্বদা (ভারত শিনবা থুংনা) চৎহল্লমই; অকীবা অমসুং নুংশা থীবগী অমুবা ফিজংনা লৈবাক শিনবা থুংনা কুপলম্মী। মপান্দা লৈহৌবিবা ভারত মচাশিংসি ফীবম য়ামনা ফৎলক্রে; জেলদা লৈবিবা ঐখোয় লিশিং কুন কুনগী ফীবমদগী হেন্না থোয়ন ফৎলমদে; ঐখোযদা তৌবগুম্না মখোয় মশেন অমগা অমগা উনহন্দ্রে; অদুদসু নত্তনা কনাগী চিঠি, পাওজেন চে, কবি অমুক হায়কগনি পানবা লাইবিক ফাওবা ফংহল্লমদে. ফংলবসু যামনা ৱানা ফংহনবগুম ফংহনদবগুম তৌবমই। হকচাংদা মচি ওইগদবা চিঞ্জাক ৱাৎপনা মী কয়া নানবকলে; নিংথিনা চেকশিনবীবা ৱাৎপনা লায়য়েংবীদবনা ঐখোযগী খঙন চান্নবা কয়াসু শিখিবমই।

মক ওইনা ইটালিদগী পুবকপা লান-বন্দি লিশিং কয়া কয়া ভারতবর্ষদা থমলমই। ঐখোয মখোয়গী লাইবক অমতা ওইনা চাংদমনবা য়াই। মখোয়গীদমক্তদি জেনেভা কনভেনসনগী আইনগী মখা পোনগদবনি হায়না ঐখোয়দা হায়। অদুবু ফাদোক তাবিবা ভারত মচাশিং অমদি লানগী বন্দি ওইবিবশিং, অদুগীদমক কবিগুম্বা আইন, নিয়ম, কানন, কনভেন্সন, কবিমত্তা লৈবমদ্রে; মতমদুদা চৎনবা আইন নিয়ম হায়ববু ব্রিটিশ সরকারনা পাম্বা মতুংইন্না ঙহাক লৈতনা শেম্বা, হোংদোক হোংজন তৌবা আইন অদুমখাই।

# অহানবা পন্দুপ

## অনিশুবা তাংকক

## চাক তাঙবা

ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদবা অকীবগী মশক লৌদুনা, মচি ময়া শীনবা থুংনা, তমথিনা, চাক্তাংবা হৌবকলে। মাল্লবাব, বিজাপুর, উবিষ্যা অদুদগী হেন্দুনা চাথোক ফববা, লৈহাও চেল্লবা, বেঙ্গোল ফাওবদা চানিংঙাই চিঙ্গাক ফংদদুনা নিতিগী নুপা-নুপী, অঙাং মচা লিশিং লিশিং শিজিল্লকলে। কলকতা সহবমক্তদা তু-তুদুনা মীয়াম শিনবকলে; বেঙ্গলগী মশীং লাকঙমদ্রবা খুঙ্গংশিংদা লৈবিবা লৈবংগী খাংপোকশংশিং অশিবা হকচাংনা থল্লকলে; লৱাই থৱাইগী লবুক লমহাং, লম্মী, অশিবা হকচাংঙাক ঙাইপ্রে। পৃথিবী শিনবা থুংনা মী শিনবকলে, লানফমদা কযানা অমগা অমগা হাৎনবকলে; কয়ানা মফম খঙদনা শিনবক্রে, কয়ানা থৌনা ফবা মীশি শিনবি, কয়া'মনা দাবী তান্দুনা শিবি, অনিংবা অপাম্বা মবমগীদমক কয়ানা শিনবি, চোয়জাইনববা ৱাখলনা ঙাওহল্লবা ঐখোয়গী পৃথিবীদা অশিবনা অকীবগী মশক ফংলবা নৈনেনিংঙাই ওইববা থৌদোক অমা (ওইশিল্লকলে) থোকহলকলে; ঐখোয়না শেম্বা, থিংবা ঙমলবোইদবা মওংদা (ঐখোয়গী শক্তিগী ৱাংমদা) পুন্সিগী খোংচৎ খঙহৌ খঙহৌদনা লোযশিল্লক্রে। মফম শিনবা থুংনা চপ মান্ননা, শিজিল্লকলে।

হৌজিক শিবগী মবম থিনিংঙাই লৈত্রে, খন্ননিংঙাই ওইদ্রে, কান্নবা ফংদ্রে; মী অমা ওইবদা মতিকচাদবনা, সমাজগী কান্নবা তৌদবনা, মশা মশানা শেমজবনা, কবিগুম্বা মওংদা কোকহনবা ঙমদবা নুংশাথীবনা তপ্পা তপ্পা ৱাখলবু খুদুম চন্নশিনবনা মবম ওইদুনা পুন্সিবু লমখাংদা তৎহল্লে। মমি শামজিল্লকলবা পুন্সিনা অশিবগী খয়াম্বা তন্তনা চঙশিল্লক্রি; মতম খবদং হিংলিঙৈদা, কংলবা খুইজিল্লবা মিৎফমনুংদা চং-ফংনা কুৎশিল্লকলবা মিৎনুংদগী অশিববু মিৎকুপ্তনা য়েংদুনা ঙাইবি মতম, অবোয়বা যাহিপ। মবমসিনা, মসি পল্লুবগী কান্নফম লৈত্রে, চুমদ্রে হায়না নীংলে। ফজদ্রবা হীবম'সিগী মবমদা (বিষয়দা) ঙাংনবা, ৱাবি শানবা মবম চাদ্রে। তৌবা তাববদি লাইবককথীববা ফীবমসে দ্রামা ওইনা ইগদবা মঙাইবে। ভাবত্তা ইংলগুদা লৈবিবা অঙম'থৌশিংনা অবানবা ওইদবা পাও শন্দোকলম্মী . অশিবা অনাবা হকচাংশিংবু মতৌ মালহন্দুনা য়েংশিন্নবদু মঙাই; শিবদি হান্নগুম লেপ্তুনা অদুম চত্থবি।

বেঙ্গল অমসুং অতৈ লমশিংদা লৈবিবা মীশিংবু নবক্কী মৈনা চাকথেকলক্লবদা অচৌবা অঙম্বশিংনা অহানবদা ঐখোয়দা হায়বমই, লানগী মতমনা খুমাং চাওশিল্লক্লবসু ভাবত্তা লৈবিবা লৌমী-শীম্মিশিংগী চানবা চিঙ্গাক মবাঙ কায়না লৈ। মমৈথংদা অসুম্না অমুক হায়বম্মী, লাল্লিবদি প্রদেশগী নিংখাতম্বনি, ভাবত্তা লৈবিবা বৃটিশ সবকাব অমদি ইংলগুদা লৈবিবা ভাবতকী অফিসনা সংবিধানবু কৃপ্পা চেৎনা চৎপা তাবনা প্রদেশশিংদা থোকইবা থৌদোক্তা মখুৎ থিংজিনবা ঙমদে। ঙমখৈ লৈত্রবা অমদি ঙমজবমখৈ শীজিন্নবা শক্তিনা ভাইসবোয়না হুকুম, আইন, চাম চাম চৎহন্দুনা সংবিধানবু তুংওইনা থমলি, থৌওইদ্রি, থৌশাদ্রি, নিতিগী ওইনা শেমদোক্তুনা হোংদোকলি। কনা'মতনা ভাবতবর্ষদা দায়ি পুদ্রে; মী অমতনা কুশি তৌদুনা লগাম ৱাওদনা শক্তি চলায়বকলে, মসিনি ভাবতকী সংবিধান হায়ববু। পৃথিবীদা লৈবিবা ডিক্টেটবদগী হেন্না চাওববা শক্তি শীজিন্নবকলে। গভর্ণবগী মথংদা দাযি পুবিবা, ভাইসবোইগী এজেন্ট ওইবিবা, কবিগুম্বা মন্ত্রী মণ্ডল লৈববসু মদুবু কবিমত্তা থৌশাদ্রবা সবকাবগী কর্ম্মচাবীশিং, মকওইনা ICS শিং (Indian Civil Service শিং) অমদি দাকগা অসিনচিংবগী ওইবক্রে ভাবতকী সংবিধান। মন্ত্রীশিংসে অফবা ফত্তবা ওইববসু অৱাবসে মখোয়না খাঙদুনা লৈবা তায়, মথক থোঙবশিংগী হুকুম ফনা মতীং থোক্লা য়ানিংদবা ঙমলমদে; মখোয়গী মখাদা লৈববসু অদুগুম্বা মখাথোংবা কর্ম্মচাবীশিংগী মনিংতম্বা ৱবক্তা (মন্ত্রীশিংনা) খুৎ থাবা ঙমলমদে।

কায়নথংদা করিগুম্না খবা থোক্লমই। হান্নদগী খব-মখৈদি ফবমই। অদুবু মী কোটি কয়া অশিবগী থয়াম্তা তাবমই, কোটি অনি ওইবা য়াই, অহুম ওইবা যাই, মদুদগী হেল্লম্বসু য়াই; অকীবগী মশক ফংলবা থা খবসিগী মনুংদা চাদদুনা শিবা, নাদুনা কয়া শিবা কনামতনা শগুবা গুমলমদে। চাদবা অমদি অনাবগী অৱা মৈশা লাংলুববা নুপামচা-নুপীমচা, পীকলিবা অঙাংমচা কোটি কয়ানা অশিবগী থয়াম্তগী নাম্থোকহৌবগে হাযবা কনা'মতনা খঙবা ঙমলমদে; তৌইগুম্বসুং মখোয়শিং অদু মবিংজেন মথৌনা মপাঙ্গল য়ৈথেকলবা ফীবাক তাববা ফীবমদা হিংহৌবা ঙাক ওইনা তৌই। হৌজিক ফাওবা লোয়বা নাইদনা লৈবাকসিগী মচ মচিদা, চাকতাংবা, লায়না লায়চংকী অকীবদু মথি তত্তনা ফোংলি।

প্রসিডেন্ট রুজভেল্টকী নাংতম রাইহৈ মবি (নিংশিংলকই)। অৱাৎ অপাদগী নাম্থোকপা। ইনাক খুল্লবা ইংলণ্ড, থোয়না হেনগৎনা ইনাকখুল্লবা অমেরিকানা ভাবত্তা চাবা ফংদদুনা কোটি কোটি শিনবিবসিদা শুকযেং যেংশিন্নদে; ভাবতবর্ষগী মীওই কয়া কয়াবু অমং য়াইথোং কুমহনপ্রবা অকীবগী মশক ফংলবা, অবাম-খৌবাংবা অসিগী মবমদা মখোয়না করিমত্তা নাচুংবীদে। শেন লৈবনা লেং লৌবা যাদে। লালগী মতম ওইবনা চিঙ্গাক হোন্নবা জহাজ লৈতে হায়নতমক হায়বম্মী। সবকাবগী শাসন্না অকাযবা পীবকলবমক্তদা, বেঙ্গলগী খনবদা কোক ঙাওববা অৱাবগী শকক মযেং তাহন্নবা সরকাবা নিংলকলবা ফাওবদা কবিগুম্না মখলগী মতেং অমতা ফংলমদে, অদুবু ইংলণ্ড, অমেবিকা (পৃথিবীগী) অতৈ মফমদা লৈবা মীনুংশি খঙলবা, থম্মোয় চাউববা নুপা নুপীশিংনা ঐখোযগী মতেঙ পাংলকই। পৃম্নমক্কী মথক্তা, মচাক মবন লৈজদ্রবা অৱাবনা পোৎলুম ফাববা অদুমনদি ওইবগা অৱাবা, চাকতাংবগী প্রতাপ চৈনাখোল থিনা থেংনবনা অৱা অনা মশক মুন্না খঙলবা, চৈনা অমসুং আইবলেণ্ডগী সবকাবনা ভাবতকী প্রজাশিংনা কয়া য়ামনা রাবমগদগে খঙদুনা মীনুংশি খঙনা পুকচেন চাওনা মতেঙ পীবকলমই। নীংশিংলুবদা ঙগাক কাউথোকলুববসু, মতম কযাগী মমাংগী মকপপু ভাবতনা কাওবা য়াবোই; মকপ মপাংগী ওইববা পুকচেল চাওববা মতেং অদু ভাবত মপানা কবম্না কাওগানি

# অহানবা পন্দুপ

## অহুমশুবা তাংকক

## ডেমোক্রেসিগী লাঞ্জাও

এসিয়া, ইউবোপ, আফ্রিকা অমদি পাকচাওনা শন্দোকখ্রিবা প্রশান্ত মহাসাগব, এটলান্টিক মহাসাগর, ভাবত মহাসাগব শিনবা থুংনা অকিবগী মশক ফংলবা তমথীববা লানগী মৈখু খুবমই। (কবি অমুক হাযগনি) চহি ৩বেৎলোম চুপ্পা চিনাদা লান শোকনখি, চহি মবি মখাই আফ্রিকাদা, ইউবোপতা শোক্লখি, চহি অনি থা মবি পৃথিবীগী লাঞ্জাও থোকখি। খুবক হাংদনা লান শোক্লখিবা চহিশিংগী মনুংদা মফম'সিদা অমদি ভাবতবর্ষগী অতৈ মফমদা চহি অহুম চুপ্পা ঐহাক্না জেলদা লৈবমই।

ফেসিজম, নাজিজমবু মখোযনা অহানবা হৌগৎলকপদা ঐহাক্না কয়া পামলুবা ঐনা নিংশিংই; ঐদা নত্তে ভাবতবর্ষদা লৈবা মী অযাম্বনা। চিনাদা জাপান্না লান্দাবকপদা ভাবতবর্ষনা কযাদা নুংঙাইখিবা, চহি মতম কুইববগী মমাংদা চিনাগা লৌনখিবা মকপ ওইবগী ব্রাখল, মদুনা ইহৌহল্লি, আবিসিনিয়াবু ইটালিনা কবন্না খুৎ চনখিবা, মদুনা ঐখোয়বু পুকনিং নাহল্ল, জেকোশ্লোভাকিযাবু কবন্না লান্না লমজিংবিখিবা, মদুনা এখোযবু থব্রায শোকহল্লি, খাহল্লি, থৌনা ফনা, অথাং কন্না নাপ্পে নববা তুংদা স্পেন বিপব্লিক কবন্না কাযখিবা, মদু অবাবগী মশকনি, মদুনা ঐবু, মী অতৈবু ব্রাহনখি।

ফেসিজম নাসিজম্না থাওকবিনসে চুন্না খুৎথোক্লা লান্দাকবা নত্তে, মখোয়না কন্না ঙাকলিবা নিয়ম অর্মাদ মীওইবগী অ।।প্পা পোকহন্নবা য়াম্না লাওনা লাওববা শকক, মখোযগী চাওর্জানিংঙাইহীন খন্দুনা হোৎনজবিবা হিংনবা নিয়ম, অসিমখৈ ন শা, মওমচুপ্পদা ৩ৎন থানবা লৈতনা ইবোইত লোয়নবিবা জাৎথিবা, তমথিবা য়াম্না কীনিংঙাই ওইবা শকক্লা ঐখোযবু শোবহল্লি। চাত মতম কয়াদগী হৌনা এখোযনা তৌবকপা, হৌজিকমকসু ঐখোয়না থাজবিবা অসিগা য়াম্না তাইওম্নে। এখোযগী জাত্তিগী নিংশিংখম ওইনা শকক ঐখোয়না নিংশিংবা ঙমদ্রবসু, জাত্তি অমনা শাংনা হিংদুনা লৈহল্লকইবা অফবা শকপ মাংগ্রবসু, ঐখোযগী ইবন্নাই তানজবা জ্ঞান্না ফীজং হোংদোক্তুনা নত্রগা ফজবা ব্রাক্তুনা শকলোন হোংনা উববসু, নাজিগা চৎনবিবা নিযম, হিংনবগী পাম্বৈ ওইবিবা নিযম, অর্মাদ মখোযগী সবকাববু ঐখোয়দা তাকপী তিকপীবদা হঙ্গনা খোক্তে। লৈবাক শাসন তৌবগী নিযম পথাপ লাকহন্তুনা মতম অসুক কুইবসে ভাবত প্রজাশিংনা লৈবক্লিবনি। মবমদুনা ফেসিজম অমসুং নাজিজমগী মাযোক্তা যান্না থুনা মবৈমুন্না থবক পাযখত্তবা যাদ্রবনি।

১৯৩৬ মার্চ্চ থাগী অহানবা শকক্তা সিনোব মুসসোলিনিনা মাগা উর্ন্নসি হাযনা কয়া কন্না তকশিন্না বার্ত্তন তৌবকপগে হাযবদু ঐহাক্না নিংশিংই। চহি খবগী মমাংদা ইটালিনা লান হৌনিংবা মতমদা, ফেসিস দ্যকপু য়াম্না থিনা ঙাংলম্না বৃটিশকী মকোক ওইবা ষ্টেটসমেনশিংনা মতম অদুদা খোৎনা নৌনা, থাগত্তুনা মঙোন্দা ইবকলম্মী, মাগী লৈবাক অমসুং লৈবাক ঙাকপগী নিয়মবু যামনা থাগৎলম্মী।

চহি অনি লৈবগা, কালেম্বাদা ম্যুনিক্তা, জর্ম্মন যেংনবা নাজি সবকাবগী পক্ষদা ঐহাকপু বার্ত্তন তৌবমই; ঐহাক নাজিজম্বু য়াদবা মীনি হাযবা মখোযনা খংই, অদুবু ঐগী মবমগীদমক মখোযনা জর্ম্মন্দা লাকহন্নিংই হাযনসু মখোয়না বার্ত্তনগা লোয়ননা হায়বকই। ঐহাক্না পাম্বা মতুংইন্না, ঐগী মিংদা নত্রগা শক লোক্তুনা, মখোয়গী অতিথি ওইনা নত্রগা লনাই ওইনা ঐহাক চৎপা ঙমলম্মী; ঐনা চৎনিংবা মফমদা চৎনবা ঐহাক্কী নিংতম্না শক্তি লৈবমই। অদুবু থাগৎপা ব্রাহৈনা, মখোযনা হাযবকপদু ঐহাক্না যাখিদে। মদুগী মহুত্তা, লাপ্পা লৈখ্রবা লমদম জেকোশ্লোভিয়াদা ঐহাক চৎলম্মী। মদু মতমদুগী ইংলণ্ডগী প্রধান মন্ত্রিনা কবিমতা খংলমদে।

ম্যুনিক্কী পাও ফংগ্রিঙেদা, বৃটিশ সরকারগী কেবিনেট মেম্বর খরা অমসুং ইংলণ্ডগী মকোক থোংবা রাজনিতি মীওই খরগা উন্নরম্মী; ফেসিজম, নাজ্জিজম্বু য়ানিংদবা ঐহাক্কী মত থৌনা ফনা মখোয়দা খংহনখি। ঐগী মত অদু মখোয়না য়ানিংদে হায়বা খংই; ঐহাক্লা কাওরোইদবা, খন্নবা য়াবা মরম য়াম্না লৈ হায়না মখোয়না হায়রম্মী।

জেকোশ্লোভিয়াদা ইরাং হৌরকপা মতমদা প্রাগতা, সুডেটেনলেণ্ডদা, লণ্ডন্দা, পেরিসতা, লিগ এসেমব্লি কোম্না ফমখিবা মফম জেনেভাদা ফ্রেন্স-বৃটিশকী ষ্টেসমেনশিংনা হায়খিবদু উরগা অঙকপা, তৃক্কচবা পোকহল্লি। মদুবু য়ানিংবা ফোংদোকপদি অর্থ য়াওদবা ৱাহৈনি। হিটলারবু কীবদা নত্তনা মনুংদা, হায়দোক্কনা মাবু থাগৎপদু মদুগী অর্থনা থুপতুনা লোত্তুনা থনমই।

ভারতবর্ষদসু অহোংবা অমা লাকলে, হায়না মান্নমা হায়বা য়াই। অমুক্তং চানবীরক্কদ্রা হায়না তত্তনা নপচকবা, অঙম অথৌশিংনা য়ারক্কদবতা খন্দুনা পীবা মতমনা খোঙ্খাং য়ৈনা সরকারগী শাসনগা ইরোয়ননা চাবা (চা-বা) সবকাবগী কর্ম্মচারিশিং অতৈ মফমদা লৈবগুম্না অসিদসু (ভারত্তসু) লৈ। পংকুই কুইখিদ্রি, মতম অমদা, হিটলার, মুসসোলিনিবু মখোয়না থাগৎলম্মী, ফীদমনফম ওইনা নিংনরমই; চার্চকী খুদোংচাবা কক্কুনা সোভিয়েৎ ইউনিয়নবু শাপ তৌরমই। অদুবু হৌজিক্তি নত্রে, মতমদু হোংলে। মখোয়দু পাঙ্গনবা সরকার ওইবে, অচৌবা অফিসাব ওইরে, ফেসিজম, নাজ্জিজম্বু ফোংনা লাওনা য়ানিংদে লাওরে, অদুমনদি ওইবগা য়াম্নদি পাম্না ফংবদি ফংলরোইদবা ওইন মুশুক মুশুক ৱাবি শারি ডেমোক্রেসিগী মরমদা। থৌদোক্লা শংওন ওনপ্রবদি, তাইওন্নপ্রবদি মখোয় কদোম থোকপা তাবগে খনবদা ঐহাক গুকই (চমনৈ)। অদুগা খল্লিবা (মুশুক মুশুক ৱারি শারিবা) অদুবু মরম কবিমতা চাদে; মরমদি শাসনগী খুর্জি পায়ববা অমবু তবামনা লৈ পরেংগা লোয়ননা মখোয়না শোয়দনা ওক্কনি।

লাঞ্জাও থোক্লিঁগৈ চহি কয়াগী মমাংদা থোকলিবা লান'সে শোয়দনা থোকলগনি হায়না ঐনা নিংলবনি: মসিগী মরমদা ঐহাক্লা কয়া হায়ম্রে, কয়া ইম্রে, মদুগীদমক ইশামক ৱাখলমখৈ শেমশারবনি। চাওববা লাঞ্জাওদুদা ভাবতসু থরাই য়াওনা অচৌবা থৌদাং য়াহননিংলমই। মরমদি অৱাংবা থাক্কী নিয়ম্না পোঙ্খা ওইরগনি হায়বা ঐনা উই; অদুগা লাঞ্জাওদুনা ভারত্তা অমদি পৃথিবীদা অহোংবা অচৌবা লাহৌ পুরক্কনি। মতমদুদা ভাবতপু হেক কীহনবমক্তি ঐনা উৎখিদে; অদুগা তশেংনা লান্দারকপদি শোয়দ্রবনি। ঐহাক্লা ভাবতসু অচৌবা থৌদাং য়াহন্নিংলমই। লোয়ননা মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইনা লেংমান্নবা ওইনা ভারত্তসু তৌফম থোকপা কায়দনা তৌরক্কনি হায়বদু ঐগী থাজবনি।

অহোংবা লৈতনা চহি কয়ামরুম ফেসিস অমসুং নাজিজবু য়ানিংদবা লোয়ননা নিংথৌপানববু পামদবদি ভারত্তা অমতা ঙাইরবা অচৌবা সংস্থান ওইরিবা নেসনেল কঙ্গ্রেসকী পামজবা অনিংবনি। স্পেন রিপব্লিক, জেকোশ্লোভেকিয়া অমসুং চিনা অপুম্বগীসু অদুমঙাই।

চহি অনিবোমসে ঙসিফাওবদা কঙ্গ্রেসপু আইন্না য়াদবা আইন কায়বা সংস্থান্নি হায়না লাওথোক্কুনা করিগুম্বা মওংগী থবক অমতা চথহন্দে। কঙ্গ্রেসপু ফাদোক থমই। প্রদেশশিংগী পার্লিয়ামেন্টতা কারকপা মেম্বর, পার্লিয়ামেন্টশিংগী স্পীকরশিং কঙ্গ্রেসকী মন্ত্রি ওইরুবশিং ম্যুনিসিপাল কোর্পোবেসনশিংগী মেয়োরশিং, প্রসিডেন্টশিং পুম্নমক জেন্দা লৈরি।

হৌজিকমক, ডেমোক্রেসিগী, আটলান্টিক চার্টরগী অমসুং ফ্রিদম মরিগীদমক (President Roosevelt's Four Freedoms কীদমক) লান শোক্করি।

# অহানবা পন্দুপ

## মরিশুবা তাংকক

## জেলতাবা মতম ঃ খুৎথোক্লবা তকশিল্লকপা

জেল মনুংদা, মতমনা, অহোংবা মশাগী শকলোন পুবকপগুম তৌই। হৌজিকমক লেংদনা লৈতে, হল্লকলবোইদবা হৌখিবদগী মশাবু (হৌজিকপু) তোঙান তাহনবদা নত্তনা তাহল্লিবা গতি অমসুং শক্তি ফাওবা লোয়শিনম্রে। হৌখিবা মতমগুম, শক্তি লৈবম্বা, হিংলম্বা অমসুং শিথবকলবা পৃথিবীগী মপানগী পাও তশেংনা, মংগী মতাগুম অওইবগী শকক য়াওশিল্লক্রে, লেংলক্রে অমসুং অহোংবা নাইবক্রে। মপানগী ওইবা মতমগী শক্তম লৈবম্বদগী মাংগ্রে; মনুংগী ওইবা শক্তমগী জ্ঞানতমক লৈহৌবে; হৌজিক্কী ওইবা মতমদগী ব্রাখলনা চিংথোকহৌবা (ব্রাখলদা মমি তাহৌবা) শকক খবা, হৌখিবা অমদি লাক্কদবা মতমগী ওইবকপা য়াবা অশেংবা শকক, জ্ঞান্না লাম্বা ফংবা লৈহৌবিবা শকক অদুফাওবা য়াম্না চাং হম্ববকলে। লৈখিদ্রবা শিগ্রবা মীশিংগী পুন্সিনা ঐখোয়গী হৌখিবা পুন্সিবু লমজিংই হাযনা অগষ্টি কোমটিনা (Auguste Comte) হাযখিবগুম ঐখোয়না হিংই , তৌইগুম্বসুং হৌখিবা নিংশিংনবা নত্রগা লাক্কদবগীদমক ব্রাখলনা শাবা ঙম্বা মমি শামলবা ব্রাখল্'গী অমদি চবা হেনবগী চোকথবগী ঐখোয়দনা শক্তি অমদি পাঙ্গল ফংনবা কন্না জেল মনুংদা হোৎনবগা মসিগা অম্মানি।

হৌখিবগীদমক্তি লেংবা লৈতে, মফম লেংদে; শুকহোং হোংদে, লোয়বা নাইদবা মতমগা লোয়নৈ, অয়েকপা লাইগুমই, নত্রগা শেঞ্জেংনা নুংঙৌনা শাবা মুর্ত্তিগুমই। মতম মতমগী ওইবকপনা, অমদি কল্লবা নোং নুংশিংনা শোকপা ঙমদনা, মশাগী লৈজবা মওং অমদি মতিক মগুণবু লেংদনা থমই; চেকশিন্না কন্না শাববা লেংলবোইদবা লৈনুংগী মোংফম দলান মনুংদা, নুংঙাইনা ইংনা পোখানবা ব্রাহল্লবা হকচাং, ওৎলবা ব্রাখলবু তত্তনা তকশিল্লি (তরুবি)। মফমদুদা লৈ অইংবা শান্তি, মফমদুদা লৈ অশোয় অঙাম যাওদনা; লাম্বা ফংদ্রবা থবাইগী মগুণবু খংবা ঙমগনি।

(হেক পোকপদগী) লাছেংবা তাবা লানফম, অমদি থবক্তা লোয়ননা, চৎলিবা মতমগা মসিগা অনিগী মবক্তা লৈবা মবীবু খংদ্রিবমখৈদি হিংদ্রবনি (পোকপগী মহৈ য়ান্দ্রবনি)। হিংবগী মচাক ওইববা তৌফম থোকপা থবক তৌনবা অপাম্বা অমদি তকশিনবা লৈত্রবদি কলাকাব অমা ওইনা পুথোকলম্বা মথবাই য়াওদ্রবা অয়েকপা লাইগা পাংখকনি। অপাম্বা অমসুং তকশিনবা নত্রবদি আশা অমদি (পোকপগী) মকওইবা শকক খজিক খজিক ওইনা পুম্মাং মাংখি, য়াম্না ব্রানা হিংই, অতোপ্পা খোংচৎনা চংশিল্লকপনা মীতম্বান ওইবকই; পুন্সি মতোন লোমশিল্লি। হৌখিবা লেংদ্রবা থৌদোক্তা ঐখোয়গা থানদে, হৌখিবা থৌদোক্কীদমক ঐখোয়না জেলদা লৈবা তাই। জেলদা লৈবিঙৈদা ঐখোয়গী ব্রাখলসি মমি শামই (ব্রাখল থোক্তে), তৌনিংবা থবক তৌবা য়াদে, জেলগী মতমচুপ্পদা চৎনবা নিয়ম্না পুনবা মীনাই ওইবা তাই।

অর্দুগা হৌখিবদি ঐখোয়গা তৎন-থানদে, ঐখোয়না ওইবিবা ওইবক্তদবা পুম্নমক হৌখিবদগী হৌবকপা ঙাক্লি। মদুদগী থোবকপনি ঐখোয়সু, মদুদা লুপ্তুনা হিংই ঐখোয়না। মদুবু খংদ্রবা, ঐখোয়গী হকচাংনুংদা লৈবিবা পোৎশক অদুগুম মাদুবু শোক্তুনা খংবা ঙমদ্রবা মদু মতমবু খংবা ঙমদ্রবনি। ইবোইনবিবা মতমগা মদুগা পুনশিনবা, লাক্কদবা মতম ফাওবদা শাংদোকহনবা, থবক অমসুং ব্রাখলগীদমক মিহুন হুনবা, কয়াৎ খুদিং খুৎশম্নহন্দুনা মথৌ পাংথোকপা, পুম্নমক মদুনা ওইহনবনি — মদু থবাইনি।

থৱাইপানবাশিংগী থুপ্লবা মফমদগী মকওইবা কান্নবা থবক মখি তমলকই। থবক তৌবগী, বাখলদা পানবা চপ চাবা মতমগী হৌফম, জাতি অমগী অমদি কন্নাগুম্বা অমগী হৌগ্রবা শাংগ্রবা মতম্না শেম শাই। মীবোন কয়াদগী চত্থবকপা নিংশিং লিচিং, মীবোন মথং মথং পিনবকপা শিনগুম্বা শক্তি, মবী লৈনবা মপানগা পোৎশক, খুৎশাং লৈন চিনবকপা, ৱাখলগী মপুংফাদবা থৌইনশিন, অঙাং নাত্রা ওইবকপদগী পুংকক চাওবা অঙাং ওইবকপা ফাওবদা মংলক লি। (মখি য়াৎলকপা। থবক) অমদি চত্থবকপা থবক, পূম্নমক অসিনা অতুকপা ফংনা, মপাঙ্গল লৈনা পুনশিল্লগা, লাক্কদব মতমদা মপাঙ্গন হাপ্পা তর্কশিনবা মচাক অমা অমুক ওইবক্রবা, ইনৌ নৌনা থবকপু শোয়বা লৈতনা শেমগৎলি। শকব খবদা ওইনা অমদি মপুংফানা ওইবা য়াবা মওংদা মশক মওং লাকশিন্দুনা তুংদা লাক্কদববু ইনশিন্দুনা মবন চানা খঙ্গনা খৱাবগী নিযম কদৌঙেদা ওইবা য়াবোই।

ঔবিন্দু ঘোষনা কবিগুম্না লাইবিক্তা ইবমই "হৌজিক্কী ওইবা মতম্মদ শেংলবা (খুৎশোঙ্ক্রবা) খুৎ চংদ্রিনা মিৎকুপ্প," হৌজিক ওইবিবা মতমগা, লাক্কদবা মতমগা, অনিবু তোঙান তোঙান তানা খায়দোকইবা মফম মতমগী খুব মযামুক পা না থৌবগে ওইবদি যাই, অদুবু য়াম্না কুপত্রবা মিৎকুপকী ৱাফমদি ওইবা যাদে। ৱাহে পবেং অসি পুক্লিং হনদি ফজৈ অদুবু মসি কবি হায়বিবনো? মপানগী শকলোন য়াওদনা মশাতনা কোনশেং ওইনা শেংলবা, ওইবক্কদবা লাক্লিবা মতমগা ফাজং মকমদগী খব খবতা ওইনা থোবকইবা, খুৎ চংদ্রবা মিৎকুপ্পা মথং মথং ওইনা ঐখোয়না থেংনাবিবান, হেন থেংনাবগা খুদক্তা মচু শংলবা, অমুক হন্না শীজিন্নবা যাদ্রবা হৌখ্রবা মতম হেক্ত ওইখি। মসিবু মচু শংইবা খুক্রাখ্রবা (তাংনব যাদনা হৌখ্রিবা) অসিবু ঐখোয়নগা? নিপাগীদমক্তা থৱাই হকচাং, লৈজবা পুম্বা কখোকপা নিপাদম, হৌখিবা মতমগাদমক্তা ওইনা লাকলিবা মিৎকুপশিং অসিবু খুৎ চংদ্রিবা মীখুৎ শোঙ্ক্রবা কবম্না ওইগদৌনিবনো?

জ্ঞান নৈনবদা ফংবা ৱাখলগী শক্তি, চাংযেংদা মীওইবনা নিংতম্নগা মান্নবা, অতৈ কবম্না জীব লৈবাগ নাগা মতোমতা ওইজবা, শেমজবা, বাখলগী নিযম (কবম্না জীবগী) লৈবগে হাযবা ঐনা লাম্না ফংদ। থৌদোকশিংগা হৌখ্রবা যেংনবা শকক্না শেমলম্বগুম তৌবা কোঙ্গাই অমা লে, মদুনা চত্থবকপা মীওই কখাবু তত্তুনা মকোক থাওইল্লি। মতোমনা লাকচবা ৱাখলগী থৌতনশিন, অচুম্বা, অশেংবা থবক্লা অমদি মী মশামক্লা তানাশনজনবা বাখলদগী লোকপনা ঈন্দ্র নমুগী ওইবা ইথিন, অসি নিয়ম খবগী মখাদা মশামক লোপ্পবান। স্বোপেনহবনা হায় "মীওইবনা (হান্না) খল্লগা (বোন্না) থাব তৌই তৌইগুম্বসুং থবক তৌবগা (কোম্না) খন্দে"। পুন্সিগী মনুংদা শিগা ফাওবদা, নিয়ম অমগা মখাদা মমুৎ তানা বহুশিন ৱাখলবু থাজবনা, থবকপু মপুং ফানা ইশোয় শোযদনা তৌবদা ঐহাকপু লমান্দিংহ। তৌপিবা থৌদোক কযানা যানিংদ্রা অদ তশেংনমক থোকঙ্গবা য়াববস্ মদ্ পুন্সি চুপ্পদা ঐহাক্লী ৱাখলনা যানিংদে।

নিযন খবগী মখাদা খনবা ৱাখল, অমদি, চুমলবনি লেপলবা ৱাখলনা, ফল তাহনবা ঙমদ্রবদা, অদুঙম্না, বাখলনা ঐগী পুকনিংবু ঐহাক্লা নহৌশানা ৱাহন্দে। মতম শাংনা চিক্লা জেলদা লৈবিঙৈদা, কাবগুম্না খংতম্বনা মসিমক ঐ,দান্দা থোকই, থবক্লা (চিন্না) খুৎ হাংলত্ত্ববা মবক্তসু থোক্লকই, মসিগা লোযননা যানিংদবগী ৱানা। অমানি ৱানা চেক্লবা স্তানগী মওংদা থেমজনবা, নুংঙাইহনবগী ৱাখল খল্লকই। তৌইগুম্বসুং তশেংবাদি নসি থবক্লি, অদুগা ঐহাকপু খলতনবা খবক্কী ৱাখলনি; থবক অমবু যানিংদ্রবা মতমদা থবক অদুগীদমক (যানিংদ্রিনা থবক অদুগী ওইবা যাবা অতোপ্পা মওংগীদমক) ঐহাক্লা হোৎনগদবদু ঐহাক্লা খন্নদুনা হেংই।

থবক তৌনিংবা ইথিন অমা এতোন্দা ত তনা লৈ। বাখলগা মবী লৈনদবা থবক নত্তে, বাখলনা থবক লমাজংদুনা অদুগা থবক্তা পেল্লদুনা, খবকনা অমুক হঙ্গৎনা ৱাখলবু লমজিংদুনা, হান্নদগী হেন্না ভাব তান্নদুনা, ৱাখল অমসু থবক অনিনা মপুংফানা অমত ওইনা, কবি কবিগুম্বদা, তাংনা, লাযনবা, চৎমিন্নবকপা মতমদা পুন্সিগী মহৈ মানবা ওইনা অমদি হিংদুনা লৈরিঙৈগী মিকুপ অমতংদি ময়েক শেংনা তক তকবা স্বাইদগী বাংবা থাক যৌবে হাযনা ঐহাক্লা খল্লি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা মিৎকুপশিং মতাংশিংসে তাংনা, যাম্না তাংনা থোকই, মশৌশানা অনি অসি অমনা অমুক হেন, অমনা অমুক

হেন্দুনা, মান্নবা, অমতা ওইনা পুন্দুনা চৎমিন্নদে, অনিসি লাইন অমদা পুন্না পুমিন্ননবা হোৎনবা 'পুম্বা অরেম্বদা তাগল্লি। চহি কয়াগী মমাংদা মতম অমা লৈরমই, মতম'দু, পুক্লিং হকচাং (ইশামক) লুপশিল্লবা থবক্লা ইশাবু পুংয়োম য়োমশিন্দুনা নুংঙাইবা ৱাখলগী স্থাইদগী ৱাংলবা থাক্তা, মতম য়াম্না শাংনা ঐহাক লৈরমই। ঐহাক্লা নহা ওইরিঙৈগী, অদুগুম্বা মতমদু, হৌজিক, য়াম্না লাপহৌরে, চুম্নতা নত্তে চহিনা মরোন মরোন খঞ্জিনখিবনা, মতম অদুদগী ঙসি ফাওবদা থোকপ্রিবা, অনিবু হেন্না হেন্না লাপথোক্লহল্লিবা, অৱাবা ৱাখল অমদি সমুদ্রগুম (পাক-চাওখ্রবা হেনগৎলকপা নায়বা ইথক্লুম) তানশিল্লকপা ঙাল্লা, অমুক হেন্না থোয়না লাপথোকহনপ্রে। মমাংঙৈদা কে-মৌরম্বদু হৌজিক চাং য়াম্না হম্বরে; লাকশিন্দুনা চাং অমদা পুরকপা ঙমদবা ৱাখলগী ইথিন, হৌজিক ময়েং তাথপ্রে; অপাম্বা মিহৌবা ৱাখল লায়না থিংলে। ৱাখলগী পোৎলুম্না তত্তনা অপনবা খুৎলৌ-পল্লৌবা পী, অমুক্তমক চুমখিবা (অয়াম্বা মতমদা চুমদবা) ৱাখলবু চিংনবনা চিংনহল্লি। মসি (ইশা ইশাগী) চহিনসু ওইবা য়াই, নত্রগা ঐখোয়গী মতম মতমগী ওইরকপা ৱাখলনা (ময়ামগী ওইনা মান্নবা ৱাখলনা) ওইবসু য়াই।

অদুগা হৌজিকমকসু থবক তৌনিংবা ইথিন্না অঙকপা ফংনা লুথনা ঐগী পুক্লিংদা মবা তাপ্রে; মদুনা ঐগী ৱাখলগা ঙহাক-ঙহাক্কী ওইবা লানফমদা তত্তনা থেংনবী। শিববু মায়োক য়াদুনা করেম্নবা, খুদোংথীবা অৱাবা হেক হেক ওইরকপা, নিংথিজববা নুংঙাইবগী (নুংঙাইববা ৱাখলগী) ইথিনগী মবমদা অমুক হন্না ঙান তানশিনবা, ঐহাক্লা পামই। শিবনা ঐহাকপু কীহল্লি হায়না ঐনা খন্দ্রবসু শিবগী (ৱাখন্দা) ঐহাক্লা নুংঙাইফম থোক্তে। পুন্সিবু য়ানিংদবা (ফত্তবা ওইনা লৌবা) অমদি থাদোকপসি ঐহাক থাজদে (য়ানিংদে)। পুন্সিবু ঐহাক্লা নুংশিজে, হৌজিক ফাওবা মহাক্লা ঐহাকপু শুম্ভৎলি, ঐগী অকোয়বদা কোয়শিন্না, উবা ফংদবা পল্লোন কয়ানা, অশুম অশুম ৱাংবা হেনগৎলক্লবসু ঐহাক্লা ঙমজবা উপায়না মহাকপু খংনবা হোৎনবি; ঐখোয় অনিগী ইতিক ইগুণ অমুক্লা হেন্না ঐখোয় মশেন খংননবা ঐগী পামজবা ৱাখলনা মাগা (পুন্সিগা) লোয়ননা শান্নমিন্নবা, মহাক্কী মচেক ময়াদা মূনা য়েংনবা, ঐহাকপু লমজিংই; তৌইগুম্বসুং মাগী মীনায় ওইনবদি নত্তে। পুন্সিগী তপথব অমসুং তম্বনা ঐহাকপু খুদুম চনখ্রবা মতমদা, লাও-খোংনা ঙংলিবা লৈচিনলক্তা চেনশিন্নবগীদমক অমদি মখাদা ইবিবসে ইতোমতা শোঞ্জনবগীদমক ঐহাক বেলুন থৌবা ওইবা তাবমই।

"পুম্নমক থন্নম্মী চাং মান্ননা ঐনা, পুম্নমক পুকনুংদা হাল্লি,
লাক্কদবা চহিশিংসু শ্বব শৎপগা অন্দ্রানি,
হৌখিবা চহিশিংসু শ্বর শৎপনি,
পুন্সি অমসুং অশিবা অসি খল মান্নরি"।

# অহানবা পন্দুপ

## মঙাশুবা তাংকক

# হৌখ্রবা, মাগা মরী লৈনবা হৌজিক

থবক পাংথোক্লবা ইথিন, থবক্কী মপান্না পুন্সিবু মশক খংনবা তান্নিংলিবা আশা, পূম্নমকসিনা ঐগী ৱাখল অমসুং থবকপু তকশিল্লি। থবক মখল, মশামক্তগী তোপ তোপ্পা তোঙানবা, ফল তাববা ৱাখল, তুংদা তৌবক্কদবা থবক্কী শক্তক অমা ওই। পুন্সি অমসুং থবক্কা মরী লৈনদবা, শক্তিনা তিন্নদবা, অমদি মমি শামিতমক ওইবা, মগুণ লৈবদি মসি ওইবা য়াদে। চৎলিবা মতমবু হৌখিবনা লমজিংই, পাংথোকইবা থবক্কী মতম্না, লাক্কদবা মতমগা লোয়ননা চত্থরিবা তুংগী থবক্কী মতম ওইবকই। অহুম্মকসি থাদোক্লবা য়াদে, অমগা অমগা য়েৎশিন্নে অমসুং অমগা অমগা মরী লৈনৈ।

তুংদা ওইবকপা য়াবা ভাবনা শাবা থবক্কী মবমদা মতাং মথং মথং খম্নবা ৱাখল, অমসুং ইশাদা পানবা ৱাখলনা, থবক লৈতবগুম তৌবা জেলগী পুন্সিবু নৈনবদা খবমখৈ ফাজিল্লম্মী, মদুনা খবমখৈ নুংঙাইহল্লি নৎলমদ্রবদি জেল অসি হিংবদা ৱানা থোকপা নুংশিৎ (চংদ্রবা) য়াওদ্রবা উতোং ওইবমগদবনি। তৌনিংবা থবক তৌহন্দবনা, হৌখ্রবা মমাংঙৈগী থৌদোক অমদি ইতিহাসবোমদা ঐহাক্কা মাই ওনশিল্লমই। মবমদি ঐহাক ইশামক্কা তানশিনজবা জ্ঞানগা ইতিহাসকী থৌদোক্কা অয়াম্বা মতমদা নকশিন্নবা মরী লৈ; অসিগুম্বা থৌদোকশিংনা ইথিনবা ঐগী লনাযগী ওইবা, থবক কয়াস ঐহাক্কা কবি কবিগুম্বদা পাংথোকই। ইশান ইশাবু যাবমখৈ ইশক তাক্তুনা হিংনবগী লম্বীদা চংশিনবগুম, ইতিহাসকী থৌদোকশিংবু নিংশিংবদা ঐঙোন্দা লুনা থোক্তে।

মখৈদা ঐহাক্কা ইতিহাসকী মতাংদা তাবকই; মদু ফাওবদা তাবিক অমদি থৌদোক কয়াবু খংজিনহনবা যাবা মওংদা মহৌশাগী ওইবা অচুম্বা লম্বী কায়দবা (ইবা) নত্তে, অদুমনদি ওইবগা ঐগী পুন্সিগী খোংচৎকা মরী লৈনদনা, মদুদগী (ইতিহাসতগী) থোবকপা ৱাখল অমদি ৱাবোইগী শক্তি য়াওহল্লি। ঐহাক্কা মসি তৌবিবা মখৈ, ইতিহাসনা ঐগী কবিসু কান্নবা পুবকলোয়। ওইবক্কদবা, লাকলিবা পুন্সিগী থৌদোক্তা অমদি প্রকৃতিগী খোংচৎকী ৱাংমদা লৈবা থৌদোক্তা ঐহাক্কা পামশিল্লুবা কবিসু লৈতে। বিজ্ঞান্না অমদি হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা থৌদোক্লা, ঐখোয়গী হৌজিক ওইবিবা পুন্সিগী থৌদোক্লা, ঐহাকপু কন্না থোয়না নকশিন্না চিংশিল্লি।

ঐনা শেংনা খংদ্রবসু, ৱাখল, থবক তৌনি হায়বগী নুংঙাইবা, তৌহন্নবা ৱাখলগী ইথিন মখোযসিনা পুল্লপ্পা ঐহাকপু থবক্কী লমদা লমজিংই, থবক্লা অমুক ঐহাকপু ৱাখল হন্না খলহল্লি, অসুম্না হৌজিকপুসু খংহন্নিংবা পোকহল্লি। হৌজিক্কী হৌফম মবাদি হৌখিবগী মনুংদগীনি (হৌখিবনা হৌজিক্কী মবানি), মবমদুনা হৌখিবদা কবি লৈবগে পুথোক্লবা ঐহাক্কা চংশিনবনি; হৌজিকপু খংদোক্লবগীদমক মদুগী (হৌখিবগী) মনুংদা লংলা লংজিন লৈবমগদ্রা হায়না ঐহাক্কা থিবা তোকত্রি। ঐহাক কদায়দা লৈবগে ঐহাক কবি তৌবিবগে কাওহনবা মখৈ, হৌখিবা মতমদা থোকখিবা থৌদোক্লা অমদি থাযনগী ওইবা কুইববা মতমগী মীওইশিংনা তৌবম্না থৌদোক্লা (থীজিল্লুবদা) ঐহাকপু নুংঙাই মথোই কাহল্লবসু, অশুম্না ঐহাকপু স্নান মাংহল্লবা ফাওবদা ঐহাক্কা হৌজিক-হৌজিকপু খুদুম চনশিনন্দি তোক্তে। ইশামক হৌখিবগী মচাক ওইববসু ইশাদা লৈবিবা হৌখিবা পুম্বা হৌজিক্কী ওইবি ঐঙোন্দদি। হৌখ্রবা ইতিহাসনা মান্ন-মান্নবা ইতিহাসতা চংশিল্লকলি, লুপলি, অৱাবা নুংঙাইবগী থম্মোইদা পানবা ইহৌগা লোয়ননা তৎন থানবা লৈতনা হৌখিবনা ওইবি হৌজিক হৌজিকমক থোকইবা অচুম্বা অশেংবা থৌদোক।

হৌখিবনা হৌজিক ওইবা য়াবা মবম লৈববসু হৌজিক্লা কুইখ্রবা হৌখিবা তম্না কবিগুম্বদা চংশিল্লি অমসুং লেংদ্রবা, ময়েক শেংলবা শক্তম লৌই। খুবক হাংদনা মশানা কুংশিল্লকলবা থবক তৌবিঙৈদা, হৌখ্রবা থৌদোক্তুম অমদি হঞ্জিন

হঞ্জিন ওইরকপা ওইনা কনাগুম্বনা উরকপগুম, ব্রাখলগী ইচেল অমা খংহৌদনা হেক হেক চেনশিল্লকই। চিঠিগী মওংদা ইচানিপীদা চহি ১২ গী মমাংদা ঐহাকপু "গ্লিম্পসেস ওফ ৱারল্ড হিষ্টোরি" ইহনখিবদু, হৌজিক্তা মরী লৈননা হৌখিবা যৌদোকপু পুথোক্লবা হোৎনহনবননি। চহি ১০/২০ গী মনুংদা লৈবা নিপী মচা অমনা খংনবা ঐহাক্তা ইবনা ঐনা হেক ঙম্বমখৈ লায়না অমদি য়াম্না শন্দোক্লা ঐনা ইখিবনি; তৌইগুম্বসুং পুথোকপগী খোংচৎ অমসুং থিজিনবগী শক্কসু ইবিবা অদুদা য়াওবি। পুথোক্লিংবা ব্রাখল অমা ঐঙোন্দা পোকলম্মী, লোয়নননা তোঙান তোঙানবা মওংগী মতম অমদি চহি কয়া ঐনা (পুন্সিবকপনা) লৈবকপনা চহি কুইনা পুন্সিরবা নুপা নুপী কয়া ঐগী মকপ ওইনা লৈবমই। জেলদা (অহাংবা) মতম য়াম্না ফংলমই; হাথু হাথু তৌবগী ব্রাখল পোকলমদে, অদুগা অকক্লবা মতমগী মনুংদা থবক পাংথোকপা, লোয়শিনবগী ব্রাখলসু পোকলমদে; মবমসিনা হৌপ্রবা মতমগী কংলবা শক্তলক্তা ইনৌ নৌনা ই-তোং হাপচিন্দুনা, হৌপ্রবা মতমদা ব্রাখল লুপশিনদুনা, ইশাগী অপাম্ববু চাং অমদা থমদুনা, ঐগী ব্রাখলনা লাম্বা ফংবমখৈ নিংশিনদুনা, পূম্নমক্কী হৌফম ঐহাক্তা থিজিল্লি মতম খবদি।

হৌজিক হৌজিকমক অমদি ঐগী অহাংবা, খুৎলোয়বা, মতমগী মনুংদা, অতিথিগুমলবা ঐগী ব্রাখল অমসুং চান্নববা মীওই খরনা মমৈদা ঐগী পুন্সিগী ৱাবী ইশানা ইনবা লমজিংলম্মী।

চহি তবানিথোইগী মনুংদা ওম্বোক্লা থীনা অহোংবা অমা পুবকলে হায়না ঐনা নিংই। নিংশিংবগী ব্রাখলসু হেনগৎলক্লম্মী। ইশানা থাজবা অমা পোকপগা লোয়নননা পূম্নমক চাং অমদা মায়না লৈবমই, খাইগা তিন্নদনা লৈবনা কনামতগী ব্রাখলগী ইথিন চংলমদে, ঐহাক্কী পুক্নিং য়াম্না শান্তি ওইবমই। অৱাবনি হায়না ইশানা খঞবা য়াবা অমদি অৱাবনা ঐহাকপু ৱাহনবা য়াবা অসিগুম্বা ব্রাখলনা ঐহাকপু খুদুম চলহনবা ঙমলমদে। (মীনা ঐগীদমক খনবীবা) অৱাবগী শক্ক যামলবসু, পুক্নিং লাংতকনবা, ওৎ নৈবা কবিমতা লৈবমদে, লৈববসু ঙহাক্কী ওইনা তৌবম্মী। মসি থবক তৌনিংবগী ইথিন হেনগৎলক্পা হায়বদুবা, ঐঙোন্দা ঙক্লা থোকই, নত্রগা তৌবিবা থবক্তা হেন্না চেৎশিনহনবা হায়বদুবা? মসি চহি অহল ওইবকপনবা, পাঙ্গল ময়েং তাবকপনবা নত্রগা পুন্সিগী অপাম্বা শক্ক লৈবক্তবনবা? নত্রগা, মতম শাংনা জেলদা লৈবনবা, পুন্সিগী আশা তপ্পা তপ্পা হুম্বকপনবা, মতম খবদং হিংলমলগা, ব্রাখলগী ইথক মথং মথং তুং ওইনা ব্রাখলনা পুক্নিংবু পেনহনবা ঙমদনা লান-লান্দুনা চৎখিবনবা? অৱাবা কয়া খাংলবা পুক্নিংনা চেনগদবগী লম্বী থিবি, তত্তনা ৱাবা নংবনা ব্রাখল, জ্ঞান নুংবংনবক্নে, খজিক্তং ওইববসু য়াম্নবু ওইববসু কবিমতা খেৎনবা লৈত্রবা সংসার অসি লাইবক থীবা অমসুং অৱাবনা কুপশিনখিবনা অদুগুম্বা অৱাবা ব্রাখলনা মী পূম্নমক ৱাহল্লে, লাংতক্লহল্লে। লৌথোক শেত্তোকপা য়াদ্রবা কবিগুম্বা পোৎশক অমতংদি ঐখোয়গা লোয়নননা লৈবি; (মদু অতৈ কবিসু নত্তে) ইজৎ অমদি যৌনানি, থবক পাংথোকপদদা তেংবাংলিবা, অমদি পুন্সিগী অর্থবু ময়েক শেংনা তাক্লিবা ফীদম্নফম ওইবশিংবু থাদবনি; তৌইগুম্বসুং মদু ৱাজনিতিগী মীওই অমনা চৎকদবা লম্বীমক্তি নত্তে।

শিবা হায়বসে পোক্লকইবা মী খুদিংগী তৎন থানবা য়াদ্রবা পোকপদা য়াওবক্লবা ফংফম থোকপনি হায়না কনা কনা'মনা হায় — মাদু অওইবা অশেংবা পোৎশকপু তাক্লবা অচুম্বা ব্রাখল চংলবা লম্বীনি। কনামত্তনা য়াদবা য়াবোইদবা, য়াদবা ঙম্মরোইদবা পোকপদা কোন্নবক্লবা স্বত্বনি। মসিবু ঐখোয় পূম্নমক্লা কাওনবা হোৎনৈ, ঐখোয়না হেক ঙম্বা মখৈ, মতম শাংনা মসিদগী নাম্থোক্লবা লাকনৈ। অদুমকপু য়াম্না ফজবা অঙকপা (খংনা খংনা ঙকপা) কবিগুম্বা অমা ৱাহৈ পবেংদা য়াওবি। পুন্সিগী মথক্তা য়াম্না থীনা ব্রাকৎপা কাংবু অদুনা পামজববদি মসিদগী নাম্থোক্লবা মখোয়গী লম্বী অমদি লৈ। মদু পাংথোক্লবা শক্তি ঐখোয়গীসু মতমপুম্বদা লৈ। ঐখোয়না পুন্সিগী মপু ওইবা ঙমদ্রবদি অশিবগী মপুদি ওইবা অয়। অপেনবা ব্রাখলনা উপায় লৈত্রবা ব্রাখলবু ময়েং তাহল্লি।

# অহানবা পন্দুপ

## তরুকশুবা তাংকক

# পুন্সিগী দর্শণশাস্ত্র

অমেরিকাদা লৈবা লাইবিক ফোংবা নিপা অমনা মহাক্না ফোংগদবগী খোমজিনবা বচনাশিংগী মনুংদা অমা ওইনবা ঐহাক্কী পুন্সিদা তাকশিনবা জ্ঞান নৈনবা বচনা অমা ইনবা চহি তকক তবেংকী মমাংদা মহাক্না ঐঙোন্দা হায়বম্মী। হাযবিবদু ঐহাকসু পামলমই অদুবু খবদি চিংনবম্মী; মদুগী মবমদা খল্লু খল্লুবগা থোযনা হেন্না য়ানিংদবা পোকলম্মী। মমৈথংদা হায়বিবা রচনা অদু ঐহাক্না ইখিদ্রে।

ঐগী পুন্সিগী ফিলোসোফি হায়বসি কাবনো ? ঐহাক কাবমতা খংলমদে। চহি খবগী মমাংদা ঐহাক অসুক খংদনা চিংনবসে তৌবমদে। ঐহাক্না খল্লম্বা, তৌবম্বা থবক পূন্নমক মপুং মবৈ ইফা ফাবমই, মতুংদদি চাং যাম্না হম্ববকলে। চহি খবগী মমাংদা ভাবত্তা, চীনাদা, ইউবোপ্তা অমদি পৃথিবীগী মফম কযাদা তৌখিবা থবকশিংদু যৌজিক খনবদা চওৎনবক্নে, তায়ওয়্নবক্নে, অমসুং অব্বাবা ওইবক্নে। অদুগা তুংগী লম্বীস্ শেংলকত্রে, মমি শামিবক্নে, ঐগী রাখলদা শেংনা মমি তাবম্বা ময়েক শেংলবা শক্তম যৌজিক যৌজিক মাংখ্রে।

থবক তৌবগী যৌগৎলকপদা চংবা নিযমবু চিংনবা অমদি লাকশিনবদা রানা থোকপদু অথুবা থবক তৌবা ফাওবদা ঐঙোন্দদি থোক্কন্দে। অদুগা খুৎলোযননা তৌবা ঃম্বগী যৌববা ময়াবু খব মখৈ পংবদি পংহল্লি। ঐহাক্না নহা ওইরিঙৈদা তৌবগুম্না অমদি ঐনা খনবা পম্ভুংফম তম্না মতোমতা পাযশিল্লকপা তেলনা পম্ভুংফম নিশান নত্তনা অতৈ পূন্নমকপু খন্দবগুম, থিম্বদনা থবক পূন্নমক পাংথোকপা ঙমলমই। অসুম্না ঐহাক্না থবক তৌবা ঙমলমই, থবক তৌহন্নিংবা ইথিন অমদি ঐহাক্না খল্লিবা ফীদমফম অদুগা লোয়ননা থবক অদুগা লৈনবা অচুম্বা অমদি ভাবনা শাবা মবীদুসু লৈবমই। তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না য়েংবদা, রাজনিতিবু পামদবা অদু অসুম হেনগৎলক্কুনা মদুনা (রাখলদুনা) ঐহাকপু অফা-অপুন্নহল্লমই, মদুনা ঐহাক্কী পুন্সিগী ফীবম অদু মথং মথং হোংহনবগুম তৌবম্মী।

ঙবাং খনখিবা রাখল, তৌখিবা থবক অদু ঙসিসু অদুম মওইবি। অদুম্নদি ওইবগা মখোয়গী মশেক মঙান অদুদি মাংথবকই; হায়বিবা রাখল অমসুং থবক অদু তম্না কনাগুম্বনা চংশিল চংশিল্লগা, হকচাং কনখৎহল্লম্বা শকক, পুক্নিং নুংঙাইহল্লম্বা রাখল অমসুং থবক্কী মশেক মঙানগা কোন্ননা লংনা ফজবম্বা শকক অদু মাংখি। ফত্তবনা মপুং ওইনা লাকশিল্লকই; হান্না য়াম্না ফনা চুম্না উবম্বা শক্তমবু মওং কায়হল্লকপা, ফাচ্চিনহলক্তবা অদুনা অমুক্না হেন্না ফত্তবা হেনহল্লি। মীওইবনা যৌজিক ওইবিবা ফীবম তানবা, মিহৌচাওবা, হিংসা তৌবা, লৌনম চাওবা (শা) জীবগী মথক থোংবা ওইনা মবম চানা পুখৎলকত্রিঙৈগী মমাংদা অব্রা-অনা কয়া খাংনা চহি কয়া চংনা তম্বা তাবমলিবা অসিবু মীওইবগী শাজৎ ঙিচৎ অসি কয়া য়াম্না ফৎলমদদুনা তৌবিবনো ? অদুগা তাল্লকসিদা, লমচৎ শাজৎপু য়েন্থৌঙৈদগী হৌনা হোংহন্নবা হোৎনবা খুদিংমক ঙসি ফাওবদা, নত্তে, হয়েং মতুং ফাওবদা, উত্তা ঘী হৈবগুম ঙমহন্দ্রিবসি কবিননো ?

রাখলনা লেপ্পবা থবক্কী মহৈবু, লান্না লমজিংদুনা মশক ওন্থোকপা, কবি কবিগুম্বদা মাং তাকহনবা থোকহন্দুনা অমগা অমগা ইন্ন-ইন্ননা থবক্কী মহৈ অমদি থবক চথবকইবা নিযম অনিসি থানবা লৈতনা মশা অমতা ওইনা অনিমক পুনশিনব্রা ? তৌইগুম্বসুং মশাগী ওইজবত তানবা মীওইবগী শাজৎ অমদি মশা শোনবা অনিগী তৌবা ঙম্বা শক্তিগী রাংমদা অচুম্বা নিয়ম লৈ। অদু ওইববদি মী অমনা তৌগদবসি কবি ওইবা তাই ? থবক তৌদবদি ঙম্মোই হায়না মপুংফানা

থাজবননি; য়ানবনা ওইরকপা য়াবা ওইরক ওইরকপা ফল, মঁহেগা লোয়ননা ফত্তবা মঁহেগী ওইরকপা য়াবা মওং, ওইনিংবা অমা ওইজসনু য়ানরবত্তদা থবক তৌবনি।

কুনশুবা খৃষ্টাব্দগী হৌগৎলকপা তরামাপালশুবা খৃষ্টাব্দগী বিজ্ঞানগী লায়না, অফবগী শরুক্তমক উবা থবক্কী ৱাখলগা লোয়ননা পুন্সিগী থৌদাং পাংথোক্লবা ঐহাক্না অহানবা খোংদাবা-চংশিনবসি ফরবসু ফত্রবসু বিজ্ঞানিক ওইরম্মী, ৱাখলগী অচুম্বা নিয়ম মতৃংইন্না চংশিল্লমই। ঐহাক্কী ইশাগী ওইবা খুবম চেংপা, অৱাবা লৈতনা নুংঙাইনা পুন্সি লেনবা, ৱাখল অমসুং হকচাংগী মপাঙ্গল অমদি ইশানা ইশাবু থাজজবা পুন্নমকসিনা অফবতমক উবা ঐগী ৱাখলবু থোয়না হেনগৎহল্লম্মী, চাওখৎহল্লম্মী। অদুগা মীওইবগী লোয়নরক্লবা চমমনহনবা ৱাখল কয়ানসু ঐহাকপু শুঙ্কাংনবা তৌরম্মী।

ৱাখল খনবা পুক্লিংনা (মীওইবনা) লৌনরিবা, চংনবিবা ঐহাক্না উরবা ধর্ম্মদু, হিন্দু ধর্ম্ম, ইসল্যাম ধর্ম্ম, বৃদ্ধ ধর্ম্ম, নত্রগা খৃষ্টান ধর্ম্ম ওইনিংবা ওইসনু ধর্ম্মদুনা ঐহাকপু হেক শুঙ্কাংপা য়াদে। অন্ধবিশ্বাসপু থাজবা, শক্তি পায়বা অঙম্বনা, নমদুনা থাজহনবা পুন্নমকসিগা ধর্ম্মগা য়াম্না নকশিন্নবা মরী লৈনৈ; বিজ্ঞানগী তশেংবা পরম নত্তবা অদুগা পুন্সিগী থৌদোকশিংগা লোয়ননা চত্থবা, নিয়ম খরদি মসিদা য়াওরি। মসিদা মিত্ৰংগী মচাক খরা হায়বদি, হায়বদা হেক্তা থাজবা য়াবা অমদি (বিজ্ঞানগী ৱাংমদা) লাই-তিনবু থাজবা শরুক য়াওরি।

মীওইবগী মহৌশা ওইবা, য়াম্না লুনা খন্নবা, হকচাং মনুংগী কান্নবা শরুক খরা ধর্ম্মনা (পী) ফংহল্লি হায়বসিমক অচুম্বনি, পৃথিবীগী মফম পুন্নমক শিনবা থুংনা লৈত্রিবা মীওইবনা ধর্ম্মগী থাজবা মওং খবা য়াওদনা করিসু তৌবা ঙমদে। নিপা নিপী কয়াবু ধর্ম্মনা পুকচেল খোয়জেল ফজহল্লি; অদুগা মবম চাদনা হেক্তা থাজগনবা, পুকচেন পীকপা, তমথীবা, নুংশি হৈতবা ওইসু ধর্ম্মনা থোকহন্দবদি নত্তে। (ধর্ম্মনা) মসিনা মীওইবগী পুন্সিদা কান্নবা কয়া পী; কান্নবা অসিগী মনুংদা খরদি হৌজিক হৌজিকমক চংনবা য়াদে, মাংনবগী মশক্তি অদুগা খর'মনা লমচৎ শাজৎকী হৌরকফম ওই।

চাওবাক্না হায়ববদা, পনখৈ লৈত্রবা মীওইবগী পাক-চাওখ্রবা জ্ঞানবু ধর্ম্মনা নৈনরি; হৌজিক ফাওবদা ওইরকইবা বিজ্ঞানগী জ্ঞান্না মীওইবগী জ্ঞানগী পনখৈ পুথোকপা ঙমদ্রি। ৱাখল অমরোমদা, ধর্ম্ম অমসুং বিজ্ঞানগী পরমলিং অমগা অমগা য়াম্না থীনা মান্নদ্রবসু, খ্বাইনা খংনরবা উনরবা পনখৈনা অনিগী মরক্তা অমগা অমগা মরী লৈনবা শরুক্তমক নৈনৈ হায়না খনবা য়াই। পাক চাওরবা লমখৈ খংদ্রবা শরুক্না ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈ হায়বসি অচুম্বনি, বিজ্ঞান্না মাইকৈ অসোমদা চাংয়েং ওইনা তানশিনবা য়াবা মখৈ তানশিন্দুনা চংশিল্লবসু অঙকপা ফংনা খংবা ঙমদ্রি। মসিমসু হায়বা য়াই, হৌজিকমক খংন-উনরিবা পৃথিবী (সংসার) অমসুং পুন্সিগী (থৱাইগী) চত্থরিবা হীরম নৈনরিবা, পোফম তারবা বিজ্ঞানগী নিয়মগা হৌজিক হৌজিক উনরিবা পৃথিবীগী চংনরিবা শরুক, মশক নাইবা পোৎশক, ৱাখলতনা উবা পোৎশক অমদি কলাকারগী ওইবা শরুক্না করিমত্তা চাশিন্নদে। মফম মতম নাইনা অহোংবা নাইরিবা খ্বাইনা উনরিবা সংসার, অমদি ঐখোয়না উরিবা, তারিবা, শোকপদা খংলিবা পুন্নমকসি থৱাইদা করিমতা য়াওদে; তোঙানবা, উবা ঙমদবা সংসারগা মসিগা (থৱাইগা) তত্তনা মরী লৈনৈ, অসিগুম্বা সংসার অসি শুকলেং লেংদে নত্রগা পুন্নমক অমতা ওইনা মান্ননা লেংই, হোংই; ৱাখল লৈবা মীশিংনা অসিগুম্বা উবা ফংদ্রবা সংসার অসিবু লৈতে হায়বা য়ারোই।

করিগীদমক হিংলিবনো হায়বসিগী মরমদা নত্রগা মীওইনা পোক্লিবসিগী বিষয়দা বিজ্ঞান্না ঐখোয়দা করিমতা হায়দে। মসিগী লমখৈ ঙসি ফাওবদা লেপ্তনা পাকথোকলক্লি; ইকুই কুইদনা উবা ফংদ্রবা সংসারদা লান্দারকপা য়ারি, করি মরমগী পোক্লকইবনো, হিংবগী মরমনা করিনো হায়বসি চাওরাকপা, শন্দোকপা, মওংদা খংজিন্নবা তানবদা ঐখোয়বু মতেং পাংলকপসু য়াই, নত্রগা মীওইবনা হিংদুনা লৈবগী ৱাখলনা ফংবা মওং তাক্তুনা চাওরাকপা শক্তম অমা ঐখোয়দা পীরবসু য়াই। বিজ্ঞান অমসুং ধর্ম্ম অনিগী থাইনদগী লৈনরকইবা খেৎনবদু অনৌবা মওং অমা তারকলে — ৱাখল অমসুং ধর্ম্মগী জ্ঞানবু বিজ্ঞানগী থিজিনবা শরুক্না নৈনরি।

ঈশ্বরবু থাজবা ইন্দ্রি অমসুং জ্ঞানগী ৱাংমদা লাম্বা ফংদবা, ভাবকী মিংয়েংনা অমদি ধ্যান তৌদুনা অচুম্বা থিনবা হোংনবা, দর্শণগী মিংয়েং অমদি দর্শণ শাস্ত্রগী মশা ওইনা প্রকৃতিগী অচুম্বা লেংদবা তশেংবা খোংচৎনচিংবা খংনবা তানবা – পূম্নমক পুনশিল্লগা ধর্ম্ম ওই। ভাব তানা-অর্থ খংদনা, কীহনবা, নুংঙাইবা, গুকহনবা পোকপা, শুম্মৎনবগী মশক ওইবা শক্তম কয়া, অমদি মশানা মশাবু নমথাক তৌজবা অপংবা মীওইনি হায়বমকসু য়াদবা কয়ানা ধর্ম্মদা যাওবি। অসিগুম্বা থাজনবসিনা (শম্পৎনা হায়রবদা) ঐহাকপু নুংঙাইহন্দে; শাওনিংহল্লি; মসি ময়েক শেংনা অর্থ খংদবা, চমম্নহনবা, মরিন হোবা ফোপচাওনবা মাল্লি; ৱাখলগী অঙকপা ফংনা কল্লবা শক্তি মাংহল্লি, ৱাখলগী থনবা ঙম্বা শক্তি মশামক শুকখন খন্দনা চংজহল্লি, হরাও তয়াম্বগী পাক-চাওরবা সমুদ্রদা তাওহল্লি। য়াম্না মনুং হঞ্জিনবা ভাবনা শাবা, অচুম্বা নত্তবা মথং মথং অহোংবা নাইবা খোংচৎপু ৱাখলগী মিংয়েংনা কবি কবিগুম্বদা উহন্নবা লমজিংই; তৌইগুম্বসুং মসি মশানা মশাবু অপংবা শীজবনি।

প্রকৃতিগী অশেংবা মশক খংনবা লাকনবা, অমসুং দর্শণশাস্ত্র নত্রগা অনিসিমক পনশিনবা হাযবদি প্রকৃতিগী অমদি মীওইবগী জ্ঞানগী মরমদা নৈনবা অসিনা পুক্লিং অমসুং ৱাখলবু কন্না চিংশিল্লি। চুম্নবসু চুমদ্রবসু, মশানা চুমদুনা লৈববা, মশানা চুমই হায়না খনবা, অফংবা মচাক খরনা মতেং ওইদুনা, খরদুদা তাংদুনা মবম চানা অচুম্বা থিবা, য়াম্না লুনা খম্বা অসি মখোয়গীদমক দরকাব ওই। ৱাখল খনবা মীওইশিংনা খবদা ওইনা নত্রগা য়াম্না কন্না প্রকৃতি অমসুং মীওইবগী অচুম অবানগী মবমদা অক ফত্তা নৈনৈ; মদুমক তৌদ্রবসু ঐখোয়গী জগৎ অসিগী লৈবিবা মচাক মযামসে কবিমতা খংদ্রবনি থৌশাদবন হায়বা য়াই। মী খবনা য়াম্না পামশিনবা য়াই, মী খবনা কবিমতা পামদবসু যাই; মখোয়গী মবমদা কন্না কন্না হায়নবিবসি তোঙান তোঙানবা চহিদা থিনা থিনা খেৎনৈ। মমাংঙৈগী ওইবা পৃথিবীদা এশিয়া অমসুং ইউরোপ অনিমক্তা, মপানগী ওইবা পোৎশিংবু জীব মনুংগী ওইবা খ্বাইদগী মপাঙ্গল কনবা শকক্লা লাকহৎলি গয়না য়াম্না কন্না হাযনৈ, মসিনা প্রকৃতি অমসুং মীওইবগী ৱাখলগী লমদা শোয়বা লৈতনা লমজিংলকই। মপালগী ওইবা পোৎশক্লা তৌজিক মতমগী মীওইশিংবু য়াম্না চেৎনা য়োমশিনখ্রে; অদুমওইনমক ৱাখল চমম্নববা অমদি খুদোংথীবা থোকপা মতমদা মখোয়না তত্তনা প্রকৃতি অমসুং মীওইবগী ৱাখল চাংয়েং ওইনা হান্নবা খন্নদুনা চুমলে হায়না লৌনখ্রবা পলেপফম চংজফম থীবকই।

ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈবিবা পূম্নমক্কী অমসুং হৌখিবা মীবোন কযাগী ফীবম ওইবীবা খ্বাইগী ওইনা ইচম চম্না ৱাখলগী শককপু ঐখোয় অয়াম্বা ৱাখল ইখন খম্বদনা লৌনববসু তশেংনা ময়েক লানা খাংঙমদ্রবা পুন্সিগী য়াম্না শমখ্রবা ৱাখলগী পলেপফম ঐখোয'মাংদা তাবি। ঐখোয়না চাওখৎলকপগা পোযননা ইবোইমিন্নবক্লবা থাজবগী শকক ওইনা প্রকৃতিবু অমদি প্রকৃতিগী অচুম্নবু ৱাখলনা লাকশিল্লবা শক্তমনি হাযবা ঐখোয়না যাববনি। প্রকৃতিগী অলেপ্পা অচুম্বা নৈর্নাববা ৱাখল অদোমদা ঐহাক্লা চংশিনদে; অওইবমক, চমম্নবা ৱাখলগী পল্লেপফম অদু ঐহাক যানিংদে। অদুম্নদি ওইবগা থাযনগী অমদি হৌজিক্কী ওইনবা মেটাফিজিক অমসুং ফিলোসোফিগী ৱাখলগী লেংদ্রবা পবিং অদুগী তুংইন্নবা হোংনবদা হৈনিংবা ৱাখলগী শুম্মৎনবা অপাম্বা শকক ঐহাক্লা ফংই। তৌইগুম্বসুং মদু ফাওবদা ঐহাক নুংঙাইফম খংদে ৱাখল তং তাদে; মখোয়না হায়বিবা অদুদগী নাম্থোকপনা ৱাখলগী পোথাবা ফংই।

মকওইনা ঐহাক্লা নুংঙাইজবদি পৃথিবী অমদি (মসিদা লৈবিবা) মীশিংগী মবমদা খঞ্জর্বান, অতোপ্পা সংসাব অমদি (ওইরক্কদৌবিবা) পোক্লক্কদৌবিবা মীগী মবমদা নত্তে। থৱাই হাযবা পোৎ লৈব্রা নত্রগা শিববা তুংদা পোকপ্রা নত্রগা পোত্তব্রা হায়বা ঐহাক খংদে; অদুম্নদি ওইবগা ৱাহংশিং অসি য়াম্না নকওইনা পাম্নবা ওইবনা, বাহংশিংসিনা খজিক্ত ফাওবা ঐহাকপু ৱাহন্দে। ঐহাকনা চাওবকইবা ঐগী অকোযবদা লৈবিবা শবুক্লা, থৱাই অমসুং মতুংগী মপোকপু (ঐনা) তৌবকপনা (ঐনা) ফংই হায়বা কম্মগী পথাপনি অমদি অমুক শিবগা অমুক পোকপনি হায়না লৌই। মসিনা ঐহাকপু পংথহল্লি, ৱাখল অমৱোমদা, খ্বাইনা চুমই হায়না থাজনবিবসিদা ঐহাক্লা কবিসু হায়নিংঙাই তৌনিংঙাই লৈতে। মীওইবগী হকচাংবু শিবা চংবা নাইহল্লিবা থৱাই হায়নরিবসে লৈবম্বসু য়াই; মীওইবনা হিংলিঙৈদা তৌবা থবকপু লমজিংবা ওইনা কর্ম্ম অমসুং কর্ম্মগী ফলগী মরমদা হায়নরিবসি মবমদি চায়; অদুবু কর্ম্মগী অওইবা মওং খন্নবিবদি তশেংনা য়াম্না লুশিল্লকই। থৱাইগী

মরমদা খন্নরবদি মসি চুম্না লানত্রা হায়না খন্নবা অমা চংই লোয়নননা শিরগা অমুক পোকই হায়বা মরমসু খন্নবা য়াবা শরুকনি।

ধর্ম্মবু থাজবা ওইনা, চুমই হায়না লৌনরিবা, কয়া অমা হায়নরিবা মরমশিংসে ঐহাক থাজদে। খংবা ওম্নদ্রবা হীরমদা জ্ঞান লৈবা কয়ানা খন্নবিবসে ঐখোয়দি করিমতা খংদ্রে। মখোয়না ঐহাক্কী পুন্সিদা করিমতা তৌদে; মখোয়সিবু চুমই নত্রগা লাল্লি হায়না প্রমাণ তৌরবসু মদুনা ঐঙোন্দা করিমতা খেৎনবা লৈতে।

শিরবা তুংদা আত্মানা ওইবা মওং, মসিগী মরমদা অখং অঁহে কয়ানা খন্নরবা মখোয়গী ব্বারোন অদুগা আত্মানা ওইরকপা শকলোন, পুম্নমক অসি ঐঙোন্দদি ওইথোক্তবা ঙাক্লি; শিরবা মতুংদা ব্বাখলনা লাম্বা ফংদবা, আত্মাগী মরমদা খন্নবা শরুক আত্মাগী মরমদা থিজিনবা থিজিনবদা ফংবা শরুক্তা থাজনবা পুম্নমক অরেম্বনি। মহৌশানা মসি ফত্তবা থবক্লি; পোথাবা পাম্বা, অব্বাবা ব্বাখল থাদোক্লিংবা কা-হেন্না থাজগনবা মীশিংগী মশাবু নুংঙাইহনবা ব্বাখলবু মসিনা থুগায়। অচুম্বনা য়ুম্ফম ওইবা আত্মাগী ওইরকপা মওংদা ওইথোকপা য়ারবদি মদু ঐহাক য়াদবা য়ারোই; তৌইগুম্বসুং চখরিবা পুন্বসি ঐঙোন্দদি য়াম্না লান্না উই, ওইথোক্তবা, মরম চাদবা অচুম্বগী শরুক খজিক খজিক খোমজিল্লগা তারিবা ব্বারেপ অদুসু চুম্‌দবনি।

পৃথিবী মনুংদা চৎনরিবা তৌনরিবা অসি উরগা তত্তনা ঐঙোন্দা য়াম্না ঙক্লা থোকই, শুকখং খংদবা ব্বাখল অমা পোকই। ঐহাক্লা হেক ঙম্বমখৈ হোৎনদুনা মদুবু খংজিন্নবা ইথিন অমদি ঐঙোন্দদি ফাওই; মদুগা চাননবা অমদি মদুবু মপুংফানা খংনবা ইথিননি। মদু খংনবা তানশিন্নবা পাম্বৈদি মরুওইনা বিজ্ঞাননি, ব্বাখলগী ব্বাংমদা লৈবা মিৎনা উবা পোৎশকনি অদুম্নদি ওইরগা অচুম্বা পোৎশক্লি হায়বা ব্বাবা করিমতা লৈতে হায়বা ঐহাক্লা খংই। ব্বাখলনা খন্দুনা থিজিনবদি শোয়দনা তৌগ ‍বনি, তোকপা য়াদে হায়রবসু মদু থিজিনবদা ঙমলিবমখৈ বিজ্ঞানগী পাম্বৈ লৌগদবনি।

কয়া য়াম্না থুপগ্রবনো ঐহাক খংদে। মদু ঐহাক্লা ঈশ্বর কৌদে; মরমদি ঈশ্বর লৈ হায়বসি ঐহাক থাজদে। লাইগী মবমদা অমদি খনবা ঙমদবা মখৈ শক্তি মপাঙ্গল লৈহল্লবা, মীওইবনা পাম্বা নুংশিবা মওংদা ভাবনা জীবা পানবা অমা ওইনা (মীওইবগী শক্তম ওইনা) লৌবা অসি খন্থবা ঙম্বা, ঐহাক্কী পাঙ্গল লৈতে; মীওইবা খরনা অসুম্না খল্লিবসি ঐঙোন্দা ঙক্লা থোকই। পুম্নমক্কী হৌরকফম অমতনি হায়বা ব্বাখল অদু মখৈদি অশিংবা শানা ঐহাক্লা থাগৎনিংই; য়াম্না কুপশিন্না মমুৎতানা খন্থবা পামদ্রবসু বেদান্তগী দর্শণ শাস্ত্রদা য়াওরিবা হৌবকফম অমতনি অনি নত্তে হায়বা মত অদুনা করিগুম্বদা ঐহাকপু চিংশিল্লি; মসিগী মরমদা মদম চানা খন্থরবা ফাওবদা কনাগুম্বা অমবু মাইকৈ অদোমদা য়ৌনা পুশিনবা, থাজহনবা ঙমলোয় হায়বা ঐনা খংই। অমরোমদা বেদান্তনা অমদি অতোপ্পা মান্নবা শাস্ত্রশিংনা মাইকৈ অশোমদা চংশিল্লকইবসিনা ঐহাক অকীবা পোকহল্লি; মরমদি চংশিল্লকইবসি শেংদে চম্মমনৈ, ওইরোইদবনা লমখৈ লৈত্রবা মাইকৈদা মওং ইতা তাদনা মরম চাদনা, মরী লৈনদনা তকশিল্লি। মহৌশাগী খুৎশেমগা মপুং ফানা খেৎনরকপসিনা ঐহাকপু মথুম মব্বাং হৌহল্লি, য়ানিংদবগী ব্বাখল অমদি পাঙ্গল, অমতা ওইনা পুনশিলহল্লি; থায়নগী ভারতভর্ষ অমদি গ্রীক্তা পৃথিবীগী ওইনা ধর্ম্মবু য়াদবা, মফম পুম্নমক্তা পোৎ খুদিংমক জীব পুম্নমক্তা ঈশ্বর লৈ হায়বা মখোয়গী মত অদুনা ঈশ্বরগী মওং মূর্ত্তিবু য়াওহন্দ্রবদি, মাদু খঞ্জবনা ঐহাক নুংঙাইজে হায়না খল্লি।

অচুম অরানগী ব্বাখলনা, চুমই হায়দোকপদা লুনা থোকলবসু মীওইবগী পুন্সিদা চৎফম থোকপা লমচৎ-শাজৎকী মবমদা খন্ন-নৈনবনা, ঐহাকপু ব্বাখল য়াম্না পাম্না খলহল্লি। গান্ধিজীনা অচুম্বা উপায় তানশিন্নবা হোৎনরম্বদুনা ঐহাকপুসু চিংশিল্লি; মীওইবগী পুন্সিদা খ্বাইদগী কান্নগদবা মহাক্লা হোৎনবীবম্বশিংগী মনুংদা, মসিগী মতাংদা কনশিলহল্লম্বসি, অমনি হায়না ঐনা খল্লি। অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু ব্বাখল অসি ইনৌত নৌরি; মীওইবগী লমচৎ-শাজৎকী মরমদা খন্ন-নৈনবা নিয়ম্না মীওইবগী পাক-চাওরবা তৌবা ঙম্বা শক্তিদা পানশিনবসি তশেংনা অচৌবা ব্বারী অমা ওইবনি। মসি খুদোং থীবনা থল্লি, ফলগা থবক্কা অনিসি তশেংনা থানবা য়াদে, অহোইননা অনি অসি মসা অমতনি। ফলবু তোঙাল্লা খনবা, থবকপু

থওইদবা, পৃথিবী অসিদা, থবক্তবু মরুনি হায়না লৌরবসু মদু মরিং মরাংনা থোকই; মসি খন্নবা য়াবা ৱাফমনি। কদাই ফাওবা মসিনা ভারত্তা মঁহে য়ানস্ত্রবগে হায়বদু ঐহাক হায়বা ওমদে। মী কয়াগী মপুক্লিংদা মসিনা য়ানিংবা (কল্পবা) অচেৎপা ৱাখল পোকহনগ্রে হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে।

মার্ক্স অমসুং লেনিনগী মরমদা পাবনা ঐগী ৱাখলদা মপাঙ্গল কল্পবা কান্নরবা শরুক খবা পী, ইতিহাস অমসুং হৌজিক হৌজিক থোকইবা থৌদোকপু অনৌবা ৱাখলগী মঙালগা লোয়ননা য়েংশিনবদা মতেং পাংই। শাংনা মরী চথরকলবা ইতিহাস অমসুং সমাজগী চাওখৎ থৌরমগী অর্থ খরা লৈনা উই; লোয়ননা চথরক্লিবা মরীদগা অমসুং তৃংদা ওইরক্লদবা থৌরমদগা চম্মম্লবা শরুক মাংখি। সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্দা পাংথোকপা থৌদোকশিংসে পুক্লিংদা কল্লা পাল্লি। মদুগী মনুংদা য়াওবা, চাওখৎ থৌরম খরদি ঐহাক শুকপাম পামদে অদুগা ভাব তাবসু ওমদে; ঐনা খনবদা মসি মশাগী ওইজবা থিবা মতম মতমগী ওইবা, অমদি মতমদগী ৱাজনিতিগী শক্তিবুনি। হায়রিবা চাওখৎ থৌরম অমদি মতমদুগী ৱাজনিতিগী শক্তিবুনি। হায়রিবা চাওখৎ থৌরম অমদি মীওইবগী ফনবা-চাওখৎনবগীদমক মহৌশাগী ওইনা পামশিনববু হোংদোকপা অসি লৈনা-লৈনা সোভিয়েৎকী অওনবা পুরক্লবা হৌরকপা ইহৌনা (লালহৌনা) মীওইবা সমাজবু য়াম্না থুনা থুনা খুমাং চাওশিলহল্লি, মুথৎপা ওন্নরোইদবা ঙাল্লবা মঙান পুরকই, পৃথিবীনা খুমাং চাওশিল্লকপগা লোয়ননা অনৌবা সভ্যতাগী য়ুম্ফম শেমলকই হায়বদা ঐহাক কবি অমতা চিংনবা পোক্তে। ঐহাক ইশামক প্রজাদা নিংতম্না শক্তি লৈহনবা পামই মবা চেৎপা ৱাজনিতিগী মথাদা মথৌ খংবা পামহনবা, মীপুম খুদিংগী মশা মশাগী নিংতম্না লৈহনবদা থাজবা, মীশক্তি। তোঙান তোঙানবা জাত্তি কয়াগী ওইবা সমাজদা মীপুম খুদিংগী নিংতম্নবু পনখৈ নাইহনবসি ঐঙোন্দা য়াম্না চুম্না থোকই; মীপুম খুদিংগী নিংতম্না লৈহন্নবগী মতৌ অসুম্না অকক্লবা অমনা চাং নাইহনবনি। মীওইবগী ফংবা য়াবা স্বাইদগী অৱোইবা নিংতম্নগী শকক ফংহন্নবগীদমক খর খরদং ওইনা ফংইবা নিংতম্নগী শকক মাংদনবা ময়েং তাদনবা পনখৈ অমমম থনম্না য়াম্না দরকার ওই।

মাক্সকী নৈনবা ৱাখলদা য়াওবিবা মহাক্লা খল্লিবা থৱাই পানবশিংগী হৌবকফম অমতনি, ৱাখল অমদি ৱাখলনা পুথোকপা পোৎ অনিমক মশা অমতনি, পোৎ খুদিংগী অহোংবা নাযবা শক্তি, থবক অমদি থবকশিংগী মনুংদা লৈনবা মরীনা, থবক অমসুং থবক্কী ফল অনিগী মরমদা নৈনবা, নৈনদবা, পুম্নমক অমতা ওইনা পুনশিনবনা থোকহনবা য়াওন অমদি খংহৌদনা হেক্ত ওইরকপা অতৎপা লৈতনা অহোংবা নায়না থোকহনবা তোঙান তোঙানবা লোন পুম্নমক, অৱাবা লৈতনা ঐহাক্লা লৌশিনবা ওমই। অদুম্নদি ওইরগা মসিনা ঐহাকপু পুমপেন পেলহনবদি নত্তে, অদুগা ঐহাক্লা খল্লিবা ঐগী পুক্লিংগী ৱাহং পুম্নমক পাওখুম মসিনা পীবা নত্তে; বেদান্তগী খোংচৎকা মরী লৈনবা করিগুম্না খরনা অমনি ভাবনা শাদুনা পংখন খনবা মীওইশিংগী ভাব তাদবা চম্মম্নবা ৱাখলনা ঐগী ৱাখলদা পোৎশক খরগী ওইবতা নত্তনা ৱাখল অমসুং ৱাখলদগী থোকপা পোৎশক অনিগী মবক্তা খেৎনবা কবিমত্তা লৈতে। লোয়ননা মীওইবগী শাজৎ-লিচৎকী নিয়ম হৌরকফমনি। ঐহাক্লা খংই মদুদি শাজৎ-লিচৎনা চংশিল্লকপসি অহোংবা নাইনা চংশিল্লকই, চাওখৎলকপগী খোংথাং অমদি ৱাখল খম্বা হেঞ্জিল্লকপগী মথা পোল্লি; চহি য়ামশিল্লকপনা পুরকপা ৱাখলগী ফীবমনা (মতাংনা) মসি থোকহল্লি। হেন্না হেন্না চেৎশিল্লকপা খংজনিংবগী তোপ-তোপ্পা য়ুম্ফম অদুদা নত্তনা মসিগী মনুংদা করিগুম্না অমা লৈরি। কম্যুনিজম চৎপা কাংবুগী লিচং শাজত্তা তত্তনা তোঙান তাবা, নাইতোম লেপ্পা ওমদবা তিনশিন্নবদা তাইওন্নবা ৱাখল অমা পুক্লিংদা পোকই। খম্বদা লাম্বা ফংলরোইদবা, অহৌবা ওইবা ৱাহংশিং অসি মমুৎ তানা খম্বনবা, চুম্নগী ওইবা হৈনিংবা ঐগী লৈতে; পুন্সিগী ওইনা থোকপা থৌদোকী মরমদা পুক্লিং অনি লোংদনা ৱাখল চংনা খম্ববা, শম্পৎপা অমদি থোয়না মরু ওইবা ৱাখলদা, করি করম তৌবা তাবা হায়বসিগী মরমদা খম্ববদি য়াই। অরোয়বদা ফংবা য়াবা অচুম্বদু ওইনিংবা অমা ওইসনু, অমতা ওইনা নত্রগা শরুক মচেৎ ওইনা, ঐখোয়না লাকশিল্লবসু, পুম্না নত্রগা মচেৎ নায়না, মীওইবগী খনবা ওম্বা শক্তি হেনগৎনিংঙাই ওইবা, ওইবা য়াবা লম, পাকচাওনা তশেংনা লৈরি, লোয়ননা সমাজ শেমগৎ শাগৎপা মীওইবনা হিংদুনা লৈরিঙৈদা নুংঙাইনা পুন্সি লেম্নবা, চাওখৎ থৌরাংদা খুমাং চাওশিন্নবা ওইবা য়াবসু লৈরি।

লেপমিন্নবা জগৎকী মরীদা লৈরিবা পাওখোংগী পাওখুম পীবা ঙম্নবা হোৎনবা মীওইবশিংগী মরক্তা মমাংঙৈদা লৈরমই; হৌজিকসু খরমখৈ লৈরি। সমাজগী ওইবা অমদি লনাইগী ওইবা থৌদোক্লা মরী লৈনদনবা মখোয় অসিবু অতোপ্পা মাইকৈদা লমজিংই; মখোয়না পাওখোংবু ফোংবা ঙমদবা মতমদা মখোয় নিংবা কান্ন, থবক তৌদে, কান্নদবনি খল্লি নত্রগা হংবা য়াদবা, ইনবা তাবা হুকুম, লৌবা তাবা ধর্ম্মদা চংশিন্দুনা নুংঙাইথোক্লবা লাক্লে। অয়াম্বনা অশেংবা লৌথোকপা তোকথোকপা য়ারবা, সমাজগী ফত্তবশিংসে তশেংবা পাপনি, মীওইবগী হোংদোকপা য়াদ্রবা হৌনশানি নত্রগা সমাজ শেন্নদা য়াওরক্লবনি অদুগা ভারত্তদি নহানমুক্কী মপোক্তগী শোয়বা লৈতনা চেন্নরক্লবনি। অসুম্না মরম চানা বিজ্ঞানিক ওইনা খন্থনবা হোৎনবদগী থাপ্তোক্লবা লাক্লে; মরম চাদবা হিরম খন্নবদা, অন্ধবিশ্বাসতা, মরম চাদবা চুমদবা সমাজগী হৈনবী অমসুং হায়নদগী লাল্লবসু লান্না চথরকপা খোংচত্তা চংশিল্লি। ঐখোয়না, চথবা য়াবা লম য়ৌনা, মবম চানা, বিজ্ঞানিক ওইনা, ব্রাখল খন্থনদে হায়বসি অচুম্বনি। মশীং লাকঙমদবা মরম অমসুং মরী লৈ; মদুগী মনুংদা অয়াম্বনা তোঙান তোঙানবা চাং য়ৌনা থৌদোকশিংসিবু খন্থনৈ, খন্থনবা ইনশিল্লি। মসি পূম্নমকপু পোৎকী অশেংবা মশকপু কুপ্পা য়েংশিন্দুনা তৌইগুম্বসুং মসি পূম্নমক খংজিনবসু ওইথোক্তবনি। থবক্তা চংইবা পূম্নমকপু লাকশিল্লিবা শক্তিশিংবু খন্দোক্লবা ঐখোযনা হোৎনগদবনি অদুগা মপানগী ওইনা লৈবা পোৎকী অশেংবা শক্তম্বু কুপ্পা য়েংশিন্দুনা, চাংয়েং অমসুং থবক্লা অচুম্বা অমসুং অবানবা পুখোক্তুনা, জ্ঞান অমসুং অচুম্ববু থিজিন্নবা লম্বী থিজিনগদবনি।

মবম অসিগীদমক, পবিকব অসিগী মনুংদা, বিজ্ঞানগী জ্ঞানগী হৌজিক্কী ওইবা মওংবু য়ামলবসু য়ামদ্রবসু (হাপচিন্নবা) থিজিন্নবা জেনবেল মার্ক্সনা চংশিল্লকইবা খোংচৎনা ঐহাকপু মতেং য়াম্না পাংই। অদুগা চংশিল্লকইবা খোংচৎ অদুবু যাববা ফাওবদা, অদুগা মদুদগী থোবকপা ফলাফল অদুবুসু লৌববা ফাওবদা, হৌজিক্কী মতমদা অমদি মমাংঙৈদা থোকখিবা থৌদোকশিংগী মবমদা শন্দোক্লা তাক্তুনা হুন্দোকইবা অর্থ অদু ফনা য়াম্না হোৎনদুনসু মতম চুপ্পদা ময়েক শেংদে। সমাজগী চাওখৎ খোংচৎকী মরমদা মচা খায়না মার্ক্সনা নৈনবিবা মতাং সি সিংথানবা য়ানা চুম্বা মাল্লি, অদুগা মার্ক্সকী ঠেসিসপু লেনিন্না মমাই পাক্লা শীজিন্নখী; অমুকসু হন্না, মদুগী মতুংদা শীংথানবা য়ানা মখাতানা অহোংবা খবসু থোকখি – ফেসিজম অমসুং নাজিজম থোরকপা লোয়ননা মখোয়গী (ফেসিজম, নাজিজমগী) মরুমদা চথরকপা শরুকশিংনি। য়াম্না থুনা চাওখৎলকপা খুৎসা হৈবা অমসুং কলাকারগী বিজ্ঞান্না অমদি বিজ্ঞান্না পাক শন্না চাওখৎলকপগী থবক্লা, ঙকপর্মখৈ থুনা পৃথিবীগী শক্তম্বু হৌজিক হোংদোকই, মদুনা অনৌবা থৌশিনলোমদা চংশিল্লকখি।

মবমসিনা মীয়াগী ওইবা ব্রাবমগী লেংদ্রবা নিয়ম্বু ঐহাক্লা য়ানিংবনা, মসিগী মনুংদা লৈরিবা মশীং লাকঙমদনা খেৎনবিবা মতমগী মরমদা ইশানা ইশাবু ব্রাহন্দ্রে। মখোয় মশেন অমগা অমগা খৎনদুনা, অমদি রাজনিতি কাংবুগী, বিজ্ঞান্নিক কাংবুগী থাজবা নিয়মগী ফজরবা কুপ্পবা শরুকপু অরানবা শিদুনা মপাঙ্গল ময়েং তাহল্লিবা ভারত্তা লৈবা বামপন্থিগুদমক ঐহাক্লা অব্রাবা খাংনিংঙাই করিসু লৈতে; মদুনা ঐহাকপু হৈনিংবা পোকহন্দে। পুন্সিগী লম্বেল অসি ওম্বোক্লা ফাংগ্রে; ঐখোয়গী হৌজিক লৈজরিবা জ্ঞান্না খংজিন্নবা ঙমলিবমখৈ তানশিনবদা মসি ওম্বোক্লা মরম চাদ্রে; মরমদি মসি লেংদ্রবা নিয়ম্না মাইকৈ মরি কোয়শিন্দুনা লৈগ্রে।

মীপুম খুদিংগী অমদি সমাজগী ওইবা থৌরম, পুন্না লৈমিন্নদুনা হিংবগী থৌরম, মীপুমগী মনুং-মপান ওইবা পুন্সিবু চাং অমদা থম্নবা থৌরম, মী অমগা মী অমগগী মরক্তা মীয়ামগা মীয়ামগগী মরক্তা লৈনরিবা মরীশিংবু চাহন্নবগী থৌরম, থোয়না চাওখৎহন্নবা ফগৎহন্নবা থাক্তা লেপ্পা লৈতনা করিগুম্বা মওং অমা তানা পুরক্লবা থৌরম, সমাজগী ওইনা চাওখৎহন্নবা থৌরম অমদি মীওইবগী লেপ্পা নাইদনা থৌনা হাপকৎনবা থৌরম, পূম্নমক অসি ঐহাক্কীদি তৌফম থোকপা অশেংবা থবক্তি। থৌরমশিং অসি পাংথোক্লবা বিজ্ঞানগী নিয়ম মখাদা (মতুং ইন্না) কুপ্পা য়েংশিনবা তাবনি, ব্রাখল মুন্না তৌবা তাবনি, য়ারিবর্মখৈ মরম চাবা মওংদা খনবা তাবনি। অচুম্বা থিবদা হায়রিবা নিয়মশিং অসি মতম পূম্নমক্তা শীজিন্নবা য়াদে; মরমদি লাই য়েকপা (কলাকারগী থবক) পদ্য (শৈরেং) ইবা (কবিগী মশিন), অমদি আত্মা নত্রগা পুরিংগী জ্ঞান পূম্নমক অসি মাগী মাগী ওইবা তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা ফাংনা চৎনৈ, শক্তম উরগা খনবা বিজ্ঞানগসু তৈনৈ। মরমসিনা

ঐখোয়গী ব্রাখলগী শক্তি, অচুম্বা, অওইববু খনবা ঙম্বা ব্রাখলগী পাদন অমদি পরম অসিবু ঐখোয়না থওইদবা তৌনুসি, কান্ধথাং তাহনগনুসি। অচুম্বা অওইবা থীজিনবা বিজ্ঞানিক ওইবা মবমগীদমক্তদি মখোয়'সি দরকার ওই (চংই)। তৌইগুম্বসুং অচুম্বনা চাংয়েং লৌরবা, ব্রাখলদগী থোরকপা মশক চুম্লবা শক্তমগী অবেপ্পা ফীরেপ্পু ঐখোয়না মতম লৈবা থিবিক্ত লৌগদবনি; মদুদগী হেন্দুনা হোৎনবা য়াবমখৈ হোৎনরগনি; অচুম অবান চাংয়েং তত্তনা য়েংগনি; হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা পুন্সিগী থৌরমগা অমদি নিপী নিপাগী থানবা য়াদ্রবা থৌরমগা মবী লৈনদবা, ভাবনা শাবা ব্রাখলগী সমদ্রুদা ঐখোয় ইশামক ইরাক্রুদনবা ঐখোয় ইশা ইশানা খুউ শেনগদবনি। হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা অশেংবা অচুম্বা তানবা ব্রাখলগী নৈনবনা ঙসি ওইরিবা (থোক্লিবা) থৌদোক-থৌরমশিংগী অচুম্বা পাওখুম পীগদবনি।

ঐখোয়গী মতমদা পাংথোকখিবা থবকশিংগীদমক, ঐখোয় ইশানা চাওথোকচরিবা, চৎলিবা যুগতা হিংলিবা ঐখোয় অসি, ঐখোয়গী মতমগীদমক ফাজিন্দুনা থমলবা মীওইনি হায়বা য়াই; মতৌ অসুম্না থাঙ্গনা মমাংঙৈদা লৈরম্বা মীশিং অমসুং ময়াই চল্লকপা যুগতা লৈরম্বা মীশিং, মতম মতমদুগীদমক ফাজিন্দুনা থনম্বা মীওইঙাক্লি। পোৎশিংবু য়েংলিবা ঐখোয়গী মিৎয়েং অসি অচুম্বা (পোৎকী অচুম্বা শক্তম) পুথোক্লবা য়েংবা অচুম্বা মিৎয়েংনি হায়দুনা ঐখোয়না ঐখোয় ইশাবু লান্না লমজিংই; ঐখোয়গী মমাংদসু ঐখোয়গী মাংদা লৈবম্বা কাংবুনা অদুম মতৌরমই। ঐখোযবু ফাজিন্দুনা থনম্বা অদুদগী ঐখোয়না নাক্লোকপা ঙমদে অমদি মদুনা মাযা ওইববদা মায়াদুদগী ঐখোযনা নাম্থোকপা ঙমদে।

ঐহাক্না থাজে মদুদি বিজ্ঞানগী নিযমশিং অমদি চংশিল্লকপা খোংচৎনা, ইতিহাসগী শাংলবা খোংচত্তা য়াওবিবা অতৈদগী হেন্না, মীওইবগী পুন্সিদা অহোংবা পুবকই, লোয়নন্না মতম কুইনা খংনবক্রুবা, খংলবোই হায়না খন্নববা অদু তান্না লমজিংদুনা, হৌবদগী হৌনা, হেন্না পুবকইবা অহোংবদুগী মফম চাওথোকহল্লি, হেন্না লাওনা থোং ফাৎলি। বিজ্ঞান্না (বিজ্ঞানগী মপান্না) খুৎশা হৈবগী লমদা পাংথোকপা থবক্তি; মযেক লানা উবা ফংই; সমাজগী শেম্থুমগী ফীবম্নু মবাং কায়হল্লি হায়র্বাস অচুম্সনি; অচুম্বা ফংনবা ব্রাখল খনবতগী ওইবা থৌদোকপু খুদুম চনশিনলি হাযবসিসু মওংলর্মাক্লি। শুন্দ্রংগী অহাংবা, মতম, অইং-অশা, মখোন, শৌবজগৎকী খোংচৎকী মকওইবা নিয়মশিংনা পৃথিবীগী শক্তম্ন তত্তনা তোংহল্লি। প্রকৃতিগী য়াওন, এটোমগী খুৎশেম, শুন্দ্রংগী মচাক্কী অহোংবা নাইবা, ইলেক্ট্রিসিটি অমসুং মগ্নানগী তোংদোক হোংজিন তৌবগী মবমদা হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা থীজিনবনা মীওইবগী গুণবু পুশিনবা য়াবা মখৈ খুমাং চাওশিন্না পুশিনখ্রে। মীওইবনা প্রকৃতিবু মশামক্তগী (মীওইবগী মশাদগী) তোপ তোপ্পা, তোঙান্না লৈবা পোৎ অমা ওইনা উবা ঙমদে। প্রকৃতিগী চাং নাইবা শক্তিগী শরুক অমা ওইনবা তানবনা মীওইনা হোৎনবা পম্থুংফম উই।

বিজ্ঞান্না খুমাং চাওশিল্লকপগা লোযনন্না, ফংলকইবা চংশিল্লকইবা ব্রাখলনা বিজ্ঞান্নিকশিংবু অনৌ অনৌবা লমথুংফম তান্না পুবকলি হান্না খংলমদবা প্রকৃতিগী লৈজবা লমদাং তান্না চিংশিল্লি। কবিগুম্বদা বিজ্ঞান্নিকশিং অসিনা তোঙান তোঙানবা, মদুদগী হেন্দুনা, তায়ওন্নবা থাজবা অমদি মত পুথোক্লক্লি। মদুগী মনুংদা কনা কনাগুম্বনা ইনৌ-নৌবা অমতা ওইবকপসু উরি, অদুগা শেংনা হায়দোক্লরবা থিনা খেৎনববা মতসু উবি। ব্রার্ট্রেন্দ রশেল কুম্না খবা অমা হায, "পর্মিনাইডসকী মতমদগী হৌনা, খনবতমক খনবা থবক ওইনা চথদবা (অঙাং তম্বীবগীদমক ওইনা লৈবা) ফিলোসোফরশিংনা, পূম্নমক পুনশিল্লগা পৃথিবী অসি ওই হায়না থাজনৈ। ঐহাক্কী থাজবগী অরেপ্পা নিয়ম মতুংইন্নদি হায়বিবসি অরানবা, অপংবনি।" অদুগা অমুকসু হায "মচাক কয়ামরুম তাশিল্লগা মীওইববু ওইহল্লকই, হায়রিবা মচাকশিং অদুনা তাশিল্লগা ইরোয় লোয়বদা করি ওইরক্কদগে হায়বদুসু উবা ফংদে; মী অমা হৌরকপা, চাওখৎলকপা, নুংঙাইবা, অকিবা, নুংশিবা, থাজবনচিংবা অসি মনিংতম্না এটোমসনা পুল্লপ পুল্লপ পুনশিনবদগী থোকপনি;" মখোল, মঙান, অশাবা নৈনরিবা তোঙান তোঙানবা বিজ্ঞানশিংনা ঙসি ফাওবদা চংশিল্লকপা চাওখৎ খোংথাং প্রকৃতিগী মশাদা লেংদনা লৈরিবা লোয়নন্না চৎমিন্নবিবা নিয়মশিংসি অমতনি হায়না তাক-তাক্তুনা, উৎ-উত্তুনা লম শাংনা চথরকলি। "পোৎ অশুক য়াম্বসি মচাক অমতনা শাবনি হায়না থাজরিবসে, থাজরিবা ব্রাখল অদুমক্তা মান্নবা মরিং মরাংলবনি – ওইদ্রবনি; ঐখোয়না থাজরিবসিদি, ইতিহাসনা হেক লৈরকপদগী

হৌনা প্রকৃতিনা অমত্তা ওইনা পীবদু ফং-ফংদুনা লাক্লবা মীয়োন কয়া মীথাং যৈরক্লবনি, মরম চাদনা নম্ফুদা য়াহনবসু নত্তে নত্রগা কান্নরয়োইদবা আশাসু নত্তে; খ্বাইনা খংনরবা ময়েক লারবা মচিন তুন্নবা প্রমান মুক্তি চারবা বিজ্ঞানগী পথাপ ঙাক্লি।"*

এশিয়া ইউবোপ্তা, থাজবা অসি ওন্থোক্লা কুইরবনি, অবোয়বা পনখৈ য়ৌরকলবা বিজ্ঞান শরুক্কা, অদ্বৈত বেদান্তগী নিয়মগী মখাদা লৈবা মকওইবা নিয়মগী হৌরকফম ওইবা ব্রাখলগা অনিসি চাংতম্নবদি য়াম্না নুংঙাইনা থোকই। মতম চুপ্পদা মশক মওং হোংদুনতা লৈবা, অদুগা অদুগুম্বা শক্তিশিংগী শককশিং অদু তিনশিল্লগা মতম চুপ্পা ইমান মান্নবা অরেপ্পা ওইবা অদুগুম্বা পোৎচং অমতনা লেংলি পাল্লিবা গ্রহ উপগ্রহ পূম্নমক অসি শেমই হায়বনা মতমদুদা খনবা ব্রাখলনি। পোৎশিং অসিগী মশানা মওংনা পোৎশিংবু শন্দোক্লা অদুম তাকচববনি; লেংলি, পাল্লিবা, গ্রহ-উপগ্রহ, ময়ামগী মনুংদা থোকইবা পূম্নমক, লোযননা মশা মতোমদগী শন্দোকপা ওইবা তোঙানবা শক্তম কয়া থোবকইবা অসি মপানগী ওইবা নত্রগা মপান্দা লৈবা পোশক্কা মবী লৈনদে।

খন্থবা য়ৌদবা মত পীবা অদুগুম্বা চমম্নবা ব্রাখলনা লমজিংবনা বিজ্ঞান্দা কবিসু ওইবা য়াবোই, কবিমতা কান্নবোই; অদুগী মথক্তা অসিগুম্বা ব্রাখলনা মাইকৈ চাম চাম থোক্লা মশাগী ওইবা মুন্দবা ব্রাখলগী চাংয়েং য়েংদুনা জ্ঞানগী যাত্তুনা লৈববা লমখৈবু কান্নদবদা থোযনা হেন্না পাক চাওথোকহল্লি, অবেপ্পা নায়দনা চখবকইবা মীওইবগী পুম্সিবু কান্নদনা অহোংবা পুবকই। লৌথোকপা যাবা অন্ধবিশ্বাসকী মক ওইবা শককপু বিজ্ঞান্না পুথোক্লবা তোঙান্না থম্নবা হোৎনবা য়াবা মখৈ হোৎনবি। হৌজিক ফাওবা বিজ্ঞান্না মাগী অচুম্বা লম্বীদা চখবকলি; চখরকলিবসিগী অবোইবা পনখৈ লৈত্রি। হেক যানিংলক্তবা মতমদা মবম চানা খন্থবা অচুম্বা তম্নকপা ব্রাখল "কবিগী" হায়না হংলি; বিজ্ঞান্না "কবম্না" হায়না হংলি; অসুম্না চখবকপদা লংলা লংজিন হেক ফংবগা অপেনবা নুংঙাইবা পোকই (অব্রাবা কোকই); হিংনদুনা লৈবিবা পুম্সিগী অর্থ থোকই "কবিগী" হায়না হংলিবা ব্রাহংগী পাওখুম পীনবা (পীবা ঙম্বা) মাইকৈদা ঐখোযবু লমজিংই।

নৎত্রগা, ঐখোযনা চাওববা পল অসিবু লাম্থোকপা ঙমদ্রে হায়না লৌবসি অদু ওইববদি, পুথোকপা ঙমদ্রবা অঙকপা শক্তিনা ঙক্লা অদু লৈথবা তাই; তত্তনা অহোংবা নায়বিবা পুম্সিনা অফ-ফত্তা পুন্দুনা লৈবা তাই; য়েৎনবা, খংনবগী ইথিনগা অনিনা অঙকপা ফংনা য়েৎশিন্নদুনা লৈগনি।

নৎত্রগা মশাগী লৈফেম থোকপা মথৌ মশক খংনা চৎপা শাজৎ অমদি অচুম-অবান খন্থবা ব্রাখলগা মবী লৈনদনা, তোঙান্না তোপ-তোপ তানা বিজ্ঞানগী য়াম্না চাওখৎপা খোংথাংনা চংশিল্লক্লবদি, অশোনববু তুহৎনিংবা, মখা-থোংববু খুদুম চন্নিংবা, মশাগী ওইজবা থিবা ফত্তবা মীশিংগী মখুত্তা লৈবা অকীবগী মশক ফংনা মাং তাকহনবা ঙম্বা শক্তিগী অপুনবা পাঙ্গলনা শোযদনা চিংখিগনি; অসুম তৌববদি বিজ্ঞানগী মপান্না পুথোকপা যাবা মমল য়াম্লবা থবক থৌদোকশিংবু মাংহনগনি। মসিগুম্বা মখলগী থবকসি হৌজিকসু তত্তনা থোকপা ঐখোয়না উই; অসিগুম্বা লানফমগী মকমদা মীওইবগী মথৌনাগী মনুং হুঞ্জিন্না য়েংথিনবা খৎনবসি লৈবি।

অসিগুম্বা মীওইবগী মথৌনাসি কয়াদা ঙকপ্রবা! মশীং লাকঙমদনা হন্না হন্না মাইথীববা ফাওবদা, চহি, যুগ কয়াসিগী মনুংদা, ফীদমনফম ওইবগী, অচুম্বগী, থাজবগী, মবৈবাক্কী অমদি ইজ্জৎ-ইনামগীদমক মানা মানা নুংশিজবা কয়াবু মদুদগী হেন্দুনা মথব্রাই ফাওবা পাম্মুদনা মীওইবনা থাদোক্লি। ব্রাখলদি হোংবা য়াই অদুগা মশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙম্বা শক্তিদি লেপ্তুনা চখবক্লি; মসিনা মবম ওইদুনা, মীওইববু ঙাকপীবা যাবা মখৈ ঙাকপীবা য়াই অদুগা মীওইবগী আশাবু মাংহনবদি ওইথোক্তবনি। অব্রা-অনা মবক্তা, (অব্রা-অনা তাববফাওবদা) মশানা মশাগী ইজ্জৎ ঙাকই (মাংহন্দে) নত্রগা মহাক্লা নিংজবা মমল লৈরবা থবক থৌদোক্তা মশাগী অচেৎপা থাজবা থমই। প্রকৃতিগী কল্লবা শক্তিগী শান্নপোৎকুম্নবা মপান নাইদ্রবা জগত্তা লৈবা উফুল মবিক্তগী হেন্না পীকপ্রবা মীওইবনা অসিগুম্বা কল্লবা শক্তিগা মুক্লরি; মুক্লরি, মহাক্কী

য়াখলনা, অহোংবা তত্তনা পুরকইবা প্রকৃতিগা, হোৎনরি প্রকৃতিবু খুদুম চনশিন্নবা। লৈনিংবা মফমদা লৈনিংবা লায়, লৈশনু; লায় - অদুগুম্লবা, করিগুম্বা শক্তি অমা, মীওইবগী মশাদা য়াওরি; মদুদা নত্তনা, য়াওরি তমথীরবা ফত্তবা য়েখায় থুগায়বনা মশিঞ্জাং ওইবা ভূৎ-প্রেতকী তৌবা ঙম্বা শক্তি।

তুংদা করি থোক্লগনি হায়বসি অমম্বনি, খংবা ঙমদবনি। অদুবু তুংদা ওইরক্কদবদগী শরুক খরদি ঐখোয়না উবা ঙমই; অরাবা খুদোংথীবা কোঙ্গায় লাম্থোক্কুনা নক্ষত্তুনা লাক্লবা মীওইবগী মথৌনাসু করি অমতনা খুদুম চনবা ঙমদে হায়না নিংশিং নিংশিংদুনা, অরাবনা থল্লবা মীওইবগী পুন্সি নুংঙাইনা হরাওনা লেল্লকলি অমদি প্রকৃতিগী শুক্ষাৎপা ঙম্বা মায়াগী উমং কয়া ফাওনা কবম্না চৎকদগে হায়বদুবু খংলবদি, মতম চুপ্পা চৎনিংবা চৎপা কোয়নিংবা কোয়বা ঐখোয়না ঙমই হায়না নিংশিংদুনা খোংফম চেৎনা ইচং থৌনা প্রকৃতিগী মাইকৈদা মীওইবনা লেপ্তুনা চংশিল্লি।

'করি লৈরি লৌশিং নত্তবা ? কবি ওইদৌরি মীওইবগী হোৎনবনা,
নৎত্রগা ঈশ্বরগী থৌজান্না, অসুক নিংথিবা, অসুক কনবা ?
অকীবদগী লাম্থোক্কুনা লেপলি, হিংলি, ঙায়রি
খুৎশন্ননা নক্ষত্তুনা তুক্কচ্চবা পামদববু;
ফজবনা ফজবরোইদ্রা মতম পূম্নদা ?*

# অহানবা পন্দুপ

## তরেৎশুবা তাংকক

# হৌখ্রবা মতমগী পোৎলুম

ঐহাক্না জেলদা লৈরকপা থা কুনমাথোই ফারক্নে; থাশি কয়া পূর্নিমা কয়া হৌখ্রে পংকুই কুইররোই চহি অনি হায়রকলগনি। ঐগী ইপোক নুমিৎ অমুক ওইরকপনা, ঐহাক অহল ওইশিল্লক্নে তাক্লকলি; হৌখিবা ইপোক নুমিৎ মরি শুরে ঐহাক্না জেলসিদা অমদি ডেহরা ডুন জেলদা লেনখিবা; ইপোক নুমিৎ খরদি হান্না জেলদা লেনখ্রবনি; কয়া শুখ্রবগে হায়বা মশীংদি খংদ্রে।

থা খরসিগী মনুংদা তত্তনা লাইরিক ইগে খল্লমই, ইনিংবগী ইহৌ অমা পোক্লমই; অদুগা মতমসিদা অমুকসু হৈনিংদবা পোক্লমই। মহৌশা ঐহাক্না জেলদা লৈবা মতমদা তৌখিবগুম্না ঐহাক্না ইদুনা লাইরিক অমা পুথোক্লনি হায়না মরুপ মপাংশিংনা থাজনবমই। মসি ঐগীদি মহৌশানি।

অদুবু ঐহাক্না ইবমদে। তোপ-তোপ্লা মগুণ অমা য়াওদবা, লাইরিক অমা হেক পুথোকপদা পামদবা (নুংঙাইতবা) খরদি লৈ। লাইবিক অমা ইবদি লায়, কান্নগদবা খবা ইরবা অমনি, জেলদা লৈনা-লৈনা ইরিবা লাইরিক অদু কান্নদবা, পানিংদবা ওইহনবদি য়াদে, অদুগা মতমদুদা পৃথিবীদা অহোংবা অমা পুরকলি। খংবা ঙমদ্রবা, লাপ্পা লাকইবা অদুগী মরমদা নত্তনা ঙসি হয়েংগীদমক ঐহাক্না লাইরিক ইবোইদবনি। কনাগীদমক ইগনি ? করম্বা মতমগী ইগনি ? ঐহাক্না ইরিবদু কদৌঙেদা ফোংলোই; মরমদি লোয়খ্রবা লানগী হৌখ্রবা মতমদগী ঐহাক্না জেলদা লৈবা মতমদনা হেন্না অৱা-অনা, মাং-তাকপা থোক্লমই। ভারতমক্তদা লানগী লানফম ওইবা য়ানা লৈরমই নৎত্রগসু প্রজাগী ইরাং থোকপা য়ানা লৈরমই।

ওইবা যাবা থোবক্কদৌবিবা অসিবু ঐখোয়না লাম্বোক্লবসু লাক্কদৌরিবা মতমগীদমক হৌজিক ইবা হায়বসিসু খুদোংথিনিংঙাই ওইবা থবক্তি মবমদি হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা থবক থৌদোক লোয়শিল্লক্তুনা খুমজিল্লখ্রবদা মদুগী মহত্তা অনৌ অনৌবনা শিলহৌরবনি। পৃথিবীগী লাঞ্জাও অসিবু হেন্না চাওবা লাঞ্জাও অমা ওইনা ঐহাক্না খনবা ঙমদে। লান অসিনা হেক হৌরকপা নুমিত্তগী অমদি হৌরক্লিঙৈ কয়ানিগী মমাংদগী ইখং খংহৌদনা অহোংবা অমা থোরক্তুনা, হেন্না ফবা নত্রগা হেন্না ফত্তবা অনৌবা পৃথিবী অমা ওইরকপা তারে হায়বসি হান্ননা ঐঙোন্দা ফাওরবনি। অদুনা, হৌখ্রবা মতমগী অমদি মাংখ্রবা যুগ কয়াগী মরমদা ঐহাক্না ইহে হৈতনা ইরুবনা করি তৌনগদৌরিবা ?

ৱাখল মওন মওন খনবসিনা ঐহাকপু ৱাহল্লমই, থিংলমই; ৱাখলশিং অসিগী মৱামদগী লুরবা ৱাহং কয়ানা ঐগী ৱাখলদা য়ৈররি; মদুগী পাওখুম পীবা ঐঙোন্দা লায়না থোক্লমদে।

১৯৪০ ওক্টোবরদগী ১৯৪১ ডিসেম্বর ফাওবা, অরোয়বা ওইনা ঐহাক্না জেলদা লৈবা মতমদা অসিগুম্বা ৱাখল অমদি খুদোংথীবা কয়া থোক্লম্মী, অয়াম্বা মতম ডেহরা ডুন জেলগী মল্লবা কা অমগী মনুংদা লেল্লমই; মফম অদুদা চহি তরুক্কী মমাংদা ইশাগী ৱারী ইশানা ইবা হৌখ্রবনি। মফমদুদা লৈরিঙৈদা থা তরাদি লাইরিক ইনিংবা পোক্লমদে; লাইরিক পাদুনা লৈপাক তৌদুনা লৈ-শু থাদুনা মতম লেল্লমই। মমৈথংদা লাইরিক ইবা হৌই; ইরিবদু অতৈ অমা নত্তে ইশাগী ৱারী শমথবনি। চয়োল খরদি লেপ্তুনা থুনা ইরমই; তৌইগুম্বসুং লোয়শিনবা ঙমদ্রিঙৈদা, জেলদা লৈগদবা চহি মরিগী মতম শুদ্রিঙৈদা ঐহাকপু থাদোক্লমই।

ঐহাক্না পায়খৎপা থবক লোয়শিনহৌদবদু ওহোক্লা লাইবক ফরমই; করিগুম্বা লোয়শিল্লম্নবদি, লাইরিক ফোংবা মীদা য়ানিংবা পোক্লমগদবনি। হৌজিক্তি মদু পাকবদা, করিমতা কান্নরমদ্রে হায়বা খংলকলে; মদুগী অয়াম্বা শরুক ওহোক্লা ফরমদ্রে, পাবদা নুংঙাইবা, পানিংবা পোকপা উদ্রে। মদুদা নৈনরম্বা থৌদোকশিংদু মরুওইবা ইয়াও য়াওরমদ্রে, হৌখ্রবা মতমগী তঙখাই চন্না কাওখ্রবা কান্নদবনা থল্লমলে, ইকুই কুইদনা পোকখায়খিবা মৈগী চীংদগী থোরকপা মথি মকুম্না কুপশিনবগা মান্নখ্রে। মদু পাবদা ইশাদা নুংঙাইবা করিমতা পোক্রে। ঐহাক্না অদুক নিংশিংবা হায়ববু ঐগী নিংশিংনবা শক্তিগী মনুংদা মমি তাহৌবা লনাইগী ওইবা রাখল খরা মঙাইবে — কনা কনাগুম্বা মীওই খরগা উন্নখিবা, তোপ তোপ্পা থৌদোক খরা; মীয়ামগা লৈনখিবা মরী হায়বদি, তম্ফম থোক্রবা অরাবা তারবা ভারত প্রজাশিংগা লৈনখিবা মরী, অঙকপা ফংলবা মখোয়গী অমতা ঙাইরবা পুকচেল; রাখলগী থাংজিল্লকপা খোংথাং; নুংঙাইতবনা মরোন মরোন নাইনা ইথকুম থোমজিল্লকপা; নুংঙাইতবশিং অদুবু মাইথিবা পীবদা ফংলকপা পোখাবা অমদি নুংঙাইবা, খুদক খুদক্তা পাংথোকপা থৌঙম্বনা পুক্লিং, রাখল চাওহনবা; মমিগী মরমদা মী অমনা পংই ইবসু য়াবা নত্তে। মী অমনা অতোপ্পা অমদা হায়বা য়াদবা, ফোংদোকপা ঙমদবা অথুপ্পা পুন্সিগী মতাং, অনিংবা অমসুং রাখল কয়ামসু লৈবমই। মশাগী ওইনা অমদি অতৈগী ওইনা খন্ন-নৈনবা কয়া'মনি; মদুনা মী অমবু মথরাই শোকহল্লি, মী অমবুনা মবুক ওলহল্লি, পুন্সিগী খোংচত্তা অহোংবা পুরকই; মদুত্তা নত্তনা মরৈবাক্তা জাত্তি কয়াদা অহোংবা কয়াসু পুরকই।

অতৈ অতৈ জেলদা তৌবগুম্না অহম্মদনগর ফোর্টকী জেলদসু ঐহাক্না লৈকোন শেম্নগী থবক তৌবমই, নোংমগী মনুংদা পুং কয়ামকম অসুম্না লেল্লমই, নুংশা হায়গৎলক্কবা মতম ফাওবদা ঐহাক্না লৈবাক তৌই লৈ-থাফম শেমই। লৈপাক লৈহাও য়াম্না চেন্দে নুং য়াম্না লৈ, মহৌশা থুগায়খিবা দলানগী অবেম অখাক ফত্ত হৌদিনা পীক থল্লি, থায়নগী ওইবা ফুরা-দলানগী অতেক-অকায় ঙাক ওইনা তৌই। মফমসি ইতিহাসকী জগানি, লম কয়া তৌপ্রবা, থায়নগী ওইবা অঙকপনা কোনুংগী শরুক ওইরম্বা মফমনি। ভাবত ইতিহাস য়েংলুববদি থোকপ্রিবা রারী অদু পংকুই কুইপ্রবা মক্তি নত্তে; পোৎশিং অসি অচৌবা থৌরাংগী ওইদুনসু মরু ওইনা কান্নবমক্তি থোক্তে। তৌইগুম্নসুং থৌদোক অমদি হৌজিক ফাওবা কাওবা যাদ্রিং; লেংদনা লৈরি; মদুদি মশক মতৌ ফজববী চাঁন্দবীবীগী মথৌনানি; মখুত্তা থাংশাং পাযদুনা, মাগী লাম্নী তেঙ্গোল লুচিংদুনা, আকবরগী, সমরাৎকী ওইবা লাম্নীগী মায়োক্তা লানবন অসিবু মহাক্না ঙাক শেনখি। মহাক মশামক্কী ওইবা মীশিংগী মরক্তগী মীওই অমনা মহাকপু হাৎখি।

খুদোংথীরবা লৈপাক'সি তৌবদা থায়নগী ওইবা চেকপন, ফুবা দলানশিংগী মতোন লৈমাই মনুংদা ফুমদুনা লৈরম্বা ঐখোয়না থেংনরমই। লুনা তৌথবা অমদি থায়নগী ওইবা পোৎ পুথোক্লবা হোৎনববু সরকারনা য়াদবনা অমদি থবক অদু চখবদা চংগদবা শেল লৈতবনা ঐখোয়না মখা তানা চখবা ঙমখিদে। লৈপনগী নাকন্দা, থোংগানগী মথক ওইরপ্পা ফজরবা থম্বাল হকপা নুং অমদি ঐখোয়না শংহৌদনা থেংনখি।

ডেহরা ডুন জেলদা অদুক হাক্না নুংঙাইব্রবসু অতোপ্পা পোৎ অমা থেংনখিবদু ঐহাক্না নিংশিলকই। চহি অহুমগী মমাংদা ঐগী পীক্লবা শুমাংদা অসুম তৌথোকপদা মমাংঙৈগী মতমগী ওইবা, অঙকপা, নিংশিংনবা য়াবা পোৎ অমা ঐহাক্না থেংনরমই। লৈমাইদগী লুথবা, থায়না শাবম্বা মখোং অনি ফুকতোক্লমই; য়াম্না ঙক্না পুক্লিং নুংঙাইনা ঐখোয়না য়েংনরমই। চহি কুম্না নিফুগী মমাংদা শীজিন্নরমবা কুইরবা ফাঁসি সগাইগী শরুক খরনি। জেলদা মীহাৎপুং মুথৎখিবা কুইরবনি; অসিগুম্বা ফাঁসিগী সগাই লৈরম্বগী খুদম ঙম্না মুথৎপ্রবনি। মদুগী হেক মখোং থেংবা ফাওবা তৌথোক্লনা ঐখোয়না ফুক্তোলম্মী; থবকসি তৌবদা তেংবাংলবা ঐগা জেলদা লৈমিন্নবশিংনা ফৎত্রবা অমঙ্গলগী মশক ওইরবা পোৎশক অদু পুমলোয় লোয়না লৌথোকপদুদা নুংঙাইরমই।

হৌজিক ঐহাক য়োৎপাক থাদোক্রে, মদুগী মহুত্তা কলম পায়খৎলে। ঐহাক্না হৌজিক ইরিবদো ডেহরা ডুন জেলদা ইখিবা লোয়শিনখিদবা খুৎই অদুগা অম্মা ওইনা তৌই। হৌজিক হৌজিক থোকইবা থৌদোকপু লায়না খংবা ঙমদ্রিবমখৈ

হৌজিক্কী ওইবা মরমদা ঐহাক্না ইবা ঙমদে। হৌজিক থোকপা থৌদোক্না ঐঙোন্দা ময়েক শেংনা উৎপা য়াম্না দরকারনি, মদুতদা লায়না অমদি য়াম্না খুদোং চানা মদুগী মবমদা ঐহাক্না ইবা ঙম্বা তাবনি। জেল মনুংদদি থৌদোকশিং অসি ময়েক শেংদে মমি-শামি ওইনা তৌই; মতমদুগী ওইরিবা থৌদোকপু মুন্না খংবা ঙমদে, চেৎনা পায়শিনবা য়াই। য়াহৈ চুম্না ফোংদোক্লবদা, ঐঙোন্দদি হৌজিক হৌজিক্কী হায়বদু শুকওই ওইদে, লোযননা হৌখ্রবা থৌদোক ফাওবদা হৌখিবগী মহৌশা ওইবা লেংদবা, ময়েং শেংলবা মুর্তিগী চিংলেম্লবা শক্তম ফাওবা ওইদে।

ফকীর অমগী ফীরেপ লৌবা ঙম্বসু নত্তে, তুংদা ওইরক্কদবা মবমদা ইবা ঙম্বসু নত্তে। ঐগী য়াখলনা মদুবু তত্তনদি মখল্লি; খুমজিল্লিবা মাইখুম লৌথোক্লবা লাক্নে, ঐহাক্না পামজবা ফীজোল লৈতেংনবা লাক্নে। তৌইগুম্বসুং পূম্নমক অবেম্বদা পংখন খনবনি, তুংদা ওইরক্কদবদি লেপ্তবনি, খংদবনি; ঐখোয়না খঞ্জবা আশাবু অহোইননা শেরান্নুনা লমজিংলোয়, মীওইবগী মংগুম্লবা য়াখলবু অবানবা শিবোই হায়নিংঙাই করিসু লৈতে।

হৌখ্রবা থৌদোক্তি লেংদনা অদুম্মবে। ইতিহাস ইবা মীনা তৌবগুম, পণ্ডিতনা তৌবগুম, হৌখ্রবা থৌদোকপু তম্নবগীদমক ঐহাক্না ইবা ঙমদে। মদুগীদমক ঐঙোন্দা জ্ঞান লৈতে, উপায় লৈতে; অদুগুম্বা থবক মখলগী য়াখলগী ফীবেপসু ঐহাক্কী লৈতে। হৌখিবা থৌদোক্না ঐহাকপু য়াহল্লি অদুগা মনিললনা করিগুম্বা খবদি থনমই, মদুসু হৌখিবা থৌদোক্না মবী খজিক লৈবদগীনি হৌজিক্কী ওইবা থবক্কা; হৌজিক হৌজিকমক থোকইবা থৌদোক্কী মওংগুম উবদনি, হৌখিবা থৌদোক্না। মদুমক নত্রবদি ইংথৈ, মচাক য়াওদে, মথয়াই য়াওদে, হৈনিংবা পোক্তে। ঐহাক্না মহৌশা তৌখিবগুম্না ঐহাক্না মতম মতমগী ওইনা খনখিবা য়াখল, তৌখিবা থবক্কা মবী খজিক লৈননা পুশিল্লবতদা ঐহাক্না মদু ইবা ঙম্বা য়াই; গোঠেনা কবিগুম্বদা হায়খিবগুম্না, অসুম্না ইতিহাস ইবনা হৌখ্রবা থৌদোক্কী লূন্নবা পোৎলুম অমদি অকম্ববু খরা মখৈ কোকহনবদি য়াহ। মী অমতগী মবমদা অপান্ননা ইবগী মহত্ত্বা জাত্তি অমগী নৎত্রগা মীওইবা পুম্বগী ওইনা ইদ্রবদি, মবমচানা খনবা য়াখনবু মচা খায়না ইবা ম-ইগা মসিগা অক্ষানি হায়না ঐহাক্না নিংই।

ভাবত অমদি চীনাগীগুম্না মমাংঙৈগী ওইবা চাওখৎ খোংথাংদা চংশিল্লুবা লৈবাক্তা লৈবা ঐখোয়গীদমক্তদি মকওইবা, হৌখ্রবা থৌদোক্কী অকম্বা বাব অমদি অফ-ফত্তগী য়াখলনা ঐখোয়বু খুদুম চনশিল্লি, করিগুম্বদা শ্লোব ফুনগৎহন্দুনা হাৎকদৌই। নিসছিনা (Nietzsche) হায়, "যুগ যুগ অদুগী বুদ্ধি লৌশিংদ নত্তনা মতমদুগী অঙাওবা/য়াখলনা ঐখোয়দা য়াখলগী ইনোৎ পীশিল্লকই। মখোয়গী মচা মশু ওইবা ফাওবা খুদোং থীনিংঙাইনি।

ঐহাক্না ফংগদবা স্বতনা করিনো ? কবম্বা ঐহাক্না উত্তবাধিকারী ওইরিবনো ? (অতৈ'মা নত্তে,) চহি লিশিং তবা কুন চুপ্পা তানশিল্লক্লবা স্বত অদুনি; খন্নখ্রবা, থম্মোইদা পানখ্রবা, অরাবা নংখ্রবা, নুংঙাইবগী শকক কয়াসু ফংখ্রবা স্বত অদুনি; চহি কযাগী মমাংদগী হৌবকপনা, হৌজিক ফাওবা চথবিবা খুৎলাম তোয়না খুৎ হক্তুনা ঐখোয়বু কৌরিবা, মীওইবনা পাংথোক্লম্বা অঙকপা ফংলবা থৌনাফবা স্বত অদুনি। পূম্নমক অসিদি নত্তে মী পূম্নমক্কী ওইবা অপুম্বা স্বতনি। তৌইগুম্বসুং ভাবত্তা লৈবা মী পূম্নমক্কী তোঙানবা তোপ তোপ্পা স্বত অমা লৈবি; মদু কনা'মতা মাথোকপা য়াদে, যাওদবা কনাসু য়াওদে; মীওইবগী চথবকপা মীরোন, মীপুম খুদিংগী চপ মান্নবনি; ঐখোয়গী ওইবা খ্বাইদগী তোপ-তোপ্পা অমনা — ঐখোয়গী লু-তোংদা শকদা পকখ্রবা অদুনি, ঐখোয়না ওইবিবা, ওইবকপা য়াবিবা মতাং ফাওবা ঐখোয়বু শেমগৎনবা চথবকলবনি।

ঐহাক্কী য়াখলদা কুইনা খল্লক্লবা, হৌজিক চথবিবা থৌদোক অসিমক, তোপ-তোপ্পা স্বতগী য়াখলনি অমসুং স্বত ওইনা তৌফম থোকপনি। হীরম অসিগী অরুবা অমসুং য়েৎশিন্নবা য়াখল ঐঙোন্দা ফাওরবসু, হীরমসিগী মমায় ওইবা মচেৎ খবদমক ঐহাক্না শোকপা ঙম্লবসু, মসিগী মবমদনি ঐহাক্না ইবা পামলিবসি। মদুদা, ঐহাক্না অচুম্বা পুরকপা ঙমলোয় অদুম্নদি ওইরগা মদুবু হোৎনদুনা, ঐগী য়াখলবু অচুম্বা লম্বীদা চিংশিন্দুনা, য়াখল অমসুং থবক্কী মথংদা ওইরক্কদবা ফীবেপকীদমক শেম শাদুনা, ইশাগীদমক্তা ওইনা অচুম্বা খবমখৈদি ঐহাক্না তৌবা ঙম্লবা য়াই।

ঐহাক্না হোৎনজবসে অয়াম্বা মতমদা ইশাগী ওইনদি শোয়দ্রবনি। করম্না ঐগী পুক্লিংদা ৱাখল অসি পোক্লকপা, করম্বা মওংদা পোক্লকপা, করম্না ৱাখলসিনা ঐহাকপু ইনশিল্লকপা –মসি পুম্নমকসিনা ঐগী থবক অসি পায়খৎচরবনি। অয়াম্বদি ঐগী লনাইগী ওইবা অ্যাম্নি; হীরম অসিগী অয়াম্বা শরুক্তা জ্ঞান অদুনা করিসু তৌবা য়ারমদে; অদুম্নদি ওইরগা মদুনা ঐগী ৱাখলবু মচু শংলমই, থৌদোক অদুগী অয়াম্বা শরুক্তা ঐহাকপু চিংশিল্লমই। লৈবাকশিংগী, প্রজাশিংগী মরমদা ঐখোয়না পুরকপা অচুম্বা অদুগী হৌফম মতাং কয়া লৈরমই; মদুগী মনুংদা অয়াম্বদি ঐখোয় ইশানা থেংনজবা ঙাক্লি, অঁতে অমা ওইবা তারবসু থেংনরিবশিংদু ইখং খংনরবা ঐখোয়বু থৌইনশিনবা ঙাক্লি। লৈবাক অমদা লৈবা প্রজাশিংবু ঐখোয় ইশানা খংদ্রবদি ঐখোয়না লাম্না লমজিংবা, খনবা নত্তনা অঁতে অমা ওইবা য়ারোই, মখোয়বু মরুওইনা মীরৈবাক্কী মী, অতোপ্পা মীনি হায়না খনবা তাই।

ঐখোয় ইশাগী ওইবা লৈবাক্তদি তিন্নবা উন্নবা অসি মশীং লাকওমদ্রবনি, অসুম্না উন্নবা তিন্নবা অসিনা ঐখোয়গী ইজাত্তি ওইবা মীওইশিংগী শক্তম কয়াগী ৱাখল নত্রগা লেংদ্রবা কাওবা য়ারবোইদবা তোঙান তোঙানবা মখলগী মমি ঐখোয়গী ৱাখলগী মিংশেলদা তাপ্রবনি। অসুম্না ঐহাক্কী ৱাখলগী লাইয়ুম, ঐহাক্না পীক থলহল্লবনি। শক্তম খরদি ময়েক শেংই, থৱাই পানবা য়াওবা মক ওইনা উই, ঐঙোন্দা হেক্ত য়েংথরকপা ওইনা উই, পুম্সিগী অয়ৌবা শককপু ঐঙোন্দা নিংশিংবগুম তৌই – অদুগা মদু য়াম্না কুইরবা থায়নগী অমদি, পুম্সিবু য়াম্না নুংশিহনবা মরুপ মপাং, মমাংঙৈদা তিন্নখিবা অরিবা সঙ্গগী নিংসিং ৱাখলনা চয়োমশানা য়োমশিল্লি। অদুগা মশীং লাকওমদ্রবা মীয়ামগী – ভারত্তা লৈবা নিপী, নিপা, অঙাংশিংনা পুম্না তিনবগী, শক্তমশিংসু য়াওরি; তিল্লিবা মীয়াম্না ঐঙোন্দা থৌরাংনা য়েংখৎলি, মখোয়গী মিৎয়েং লিশিং লিশিংদুগী মরুমদা লৈরিবদু কয়া য়াম্না লুরবগে হায়বদু ওঙোক্লবা ঐহাক্না হোৎনরি।

অয়াম্বনা লনাইগী ওইবা পন্দুপ্পা অহৌবা ওইনা ৱারি অসি ঐহাক্না ইবা হৌবগনি; মবমদি, ঐহাক্কী ইশাগী ৱাবী ইবা হেক লোয়খিবা মতম অদুগা থংনবা থা অদুমক্তদা ঐহাক্কী ৱাখলগী লংলা লংজিন মসিনা পুথোক্লুনা পীবমই। লনাইগী ওইবা শরুক য়াওরক্কনি হায়না ঐহাক্না কীরবসু মসি ঐহাক্কী ইশাগী অতোপ্পা ৱারী অমদি ওইবোই।

পৃথিবীগী লাঞ্জাও শোক্লবি। তমথীরবা খুৎথোক্লবা পৃথিবী অসিবু যোৎশিল্লক্লবদা, অহম্মদাবাৎ কোর্টা ফমদুনা, অবস্থানা হৈঙম শিংঙমদ্রবা ফাদোক অমা ওইনা, ঐহাক্না মতম খরা নুংঙাইতবা পোক্লমই; চহি কয়ামকম ঐহাক্কী ৱাখলদা য়েক্লুনা লৈপ্রবা থৌনা ফবা থবক, অচৌ অচৌবা থৌদোক, কয়াগী মবমদা ঐহাক্না খল্লি। প্রকৃতিনা খংহৌদনা থোকহনবা অকীবা শক্তম, প্রকৃতিনা থোকহনবা মাং-তাকহনবগী শক্তম, তমথীবা য়ুহাব হাবা অমদি অকীবা ঈশিং ইচাওবু উবদা কনাগুম্বা অমনা অকীবা পোকপগুম, ইশা-মরী লৈনদবা লাঞ্জাও অদু য়েংনবা ঐহাক্না হোৎনবি। তশেংবমক্তি ঐহাক ঙমখিদে। থম্মোই শোকপা, তুক্লচবা অমদি হরাও তয়াম্বনা ময়াই কাহনবদগী ইশাবু ঙাকথোক্লবা তৌবা নত্তনা অঁতে অতোপ্পা লম্বী অমা লৈতে। অদুগা তমথীরবা, মাং-তাকহনবা প্রকৃতিগী লাকওম ফাওমদ্রবা শক্তম অসি উবগা ঐহাক ইশা অসুক ৱাজরিবসিসু অর্থ য়াওদবনি, করিমত্তা কান্নদবনি।

১৯৪২ আগষ্ট তাং ৮ গী লাইবক ফরবা নুংথিন্দা মহাত্মা গান্ধিনা হায়খিবা ৱাহৈশিংদু ঐহাক্না নিংশিংই ঃ "পৃথিবীনা য়েংবা মিৎয়েংদা ই-কারবসু ঙসি, পৃথিবীগী শক্তম্দু ঐখোয়না ইংনা তরু তরুবা মিৎয়েং য়েংবা তাবনি।"

# অনিশুবা পন্দুপ

# বাডেনওইলার লোসান্নী

## অহানবা তাংকক

## কমলা

১৯৩৫ নবেম্বর তাং ৪ দা ইখং খংহৌদনা আল্মোর মাউন্টেন জেলদগী ঐহাকপু থাদোকলমই, ঐহাক্কী নিপীগী ফীবম ফচিল্লক্লে হায়বা পাও লাকলমই। জর্মনগী ব্লেক ফোরেষ্টতা লৈবা বাডেন ওইলারদা লৈবা হকচাং ফবা মফমদা য়াম্না থাপ্না মহাক লৈরমই। হরাগাড়ী অমসুং রেলগাড়ীনা হাথু হাথু এলাহাবাদ তান্না চৎলমই, থংনবা নুমিত্তা থুংলগা নুমিৎ অদুগী নুমিৎযুংবা মতুংদা এরোপ্লেন্না ইউরোপকীদমক যাত্রা তৌরমই। এরোপ্লেন্না ঐহাকপু করাচি, বাগদাদ অমসুং কাইরো তান্না পুবমই, এলেক্জেন্দ্রিয়াদগী ব্রিন্দিসি তান্না ঈশিং প্লেন অমনা ঐহাকপু পুরমই। ব্রিন্দিসিদগী সুইজার্লেণ্ডদা লৈবা বাস্লি তান্না বেলগাড়ীনা ঐহাক চৎলম্মী। সেপ্তেম্বর তাং ৯ গী নুংথিন্দা, এলাহাবাদতগী খোংশানবা মতুং মরিনিশুবা নুমিত্তা, আল্মোরা জেলদগী থাদোকপা মুতুং মঙানিশুবা নুমিত্তা ঐহাক বোডেনওইলারদা থুংলম্মী।

কমলাগী মাইথোংদা মহৌশাগী ওইবা থৌনা ফবা মিনোক নোকপদু, ঐহাক্না মাবু উবদা, উরম্মী। অনাবনা য়ৌনা নাবনা ব্রা ঙাংবা ঙমদবমখৈ মহাক শোল্লমই। ঐনা থুংলবদা মওং অমা ওল্লমই; নোংমা কোনবা অমদি মথং নুমিৎ কয়ানিমক্রুম মহাক খজিক ফবগুম তৌরমই। তৌইগুম্বসুং ফীভম অসুম ফচিল্লক্তবনা তপ্না তপ্না মঙোন্দগী মথৱাই চুপ্না হৌরমই। মহাক্না শিবগী ব্রাখলদা ঐহাক য়াম্না হৈনরমদে; মহাক খর খরদি ফরকলমাল্লে হায়না ঐনা খল্লম্মী; অনাবদুদগী মহাক্না নাম্ছোকপা ঙল্লবদি মহাক ফবা ওইবা য়াই হায়না ঐনা ভাবনা খল্লম্মী। মথোয়গী চৎনবী অমা ওইনা, ডাক্তরশিংনদি ঐঙোন্দা ফনা অদুম হায়খী। খংহৌদনা হেনজিল্লকপনা মহাক্কী অরোইবা য়ৌশিল্লক্লম্মী। শাংনা ব্রারী ব্রাতাই শাবা মহাক ঙমশিল্লক্লে। মতেক মতেক ওইনা ঐখোয়না ব্রারী শারম্ই; মহাক্না চোকথজবা মতৌ হেক উবগা খুদক্তা ঐহাক্না ব্রা ঙাংবা লেপ্লম্মী। করিগুম্বদা মঙোন্দা ঐনা লাইরিক পাই। অসুম্না মঙোন্দা ঐহাক্না পাখিবা লাইবিকশিংগী মনুংদা অমদি পিয়ারন বক্কী ডি গুড আর্ডনি। ঐহাক্না অসুম তৌবসি মহাক্না পামজে; অদুবু ঐখোয়গী খোংচৎ তপ্লম্মী।

অয়ুক্তা অমসুং নুমিৎযুংবা মতুংদা পীক্লবা সহরদুদা লৈবা, ঐনা লৈরিবা বোর্দিং অদুদগী ডাক্তরখানা ফাওবদু ঐহাক্না তপ্না ব্রানা চৎলমই; মহাক্কী মনাক্তা পুং খরা খরা লৈরমই। মঙোন্দা হায়নিংবা য়াম্না লৈরমই; অদুবু ঐহাক ইশামক খাংবা তারম্মী। করি করিগুম্বা মতমদা, হৌপ্রবা মতমগী, মহৌশা নিংশিংনখিবা, ভারত্তা লৈবা ঐখোয় অনিগী ওইবা মরূপ মপাংগী মরমদা ঐখোয়না খর খরতং ওইনা ব্রারী শাম্মিন্নরমই; করি করিগুম্বদা য়াম্না হৈনিংদবা তুংদা ওইরক্কদবা মরমদা অমদি মতমদুদা ঐখোয়না করি তৌবা তাবগে হায়বগী মরমদা ব্রারী শাম্মিন্নে। মহাক্কী ফীবম য়াম্না শোকচিল্লক্লবা ফাওবদা মহাক্না তুংদা ওইরক্কদবা মরমদঙাক পামশিন্না ব্রারী শারম্মী। মহাক্কী মমিৎ তরু-তরুই, মকা লামই, মহৌশাগুম্না মাইথোংদা

নুংঙাইবা উৎলি। মরক্তা করিগুম্বদা লাকপা মরুপ মপাংশিংনা মখোয়না নিংলম্বদগী হেন্না ফনা লৈরম্বা উবদা, মথৱাই নুংঙাইনা অঙকপা পোক্লমই। মহাক্কী তরু তরুবা মমিৎ, মোমোন নোকপা মাইথোংনা মখোয়বু লাল্লা খনহল্লি।

নাকেন থাগী শাংলবা নুংথিন্দা, ঐনা লৈবিবা হোটেলগী কা মনুংদা ইতোমতা ফমই; নত্রগা করিগুম্বদা লবুক লমহাংদা হবা চাবা চৎলমই নত্রগা জঙ্গল মনুংদা ফাওনা হেক হেক চৎলম্মী। কমলাগী শক্তম চামা চামনা ঐগী ৱাখলদা মথং মথং ওইনা মমি তারম্মী; লোয়ননা মাগী চীং লেল্লবা নিংথিজরবা ৱাখল লৈববা শক্তম চাম চামগী মমি তারম্মী। ঐখোয় অনি লুহোংমিন্নবা চহি কুনলোম শুবগনি; অদুবু মাগী অনৌ অনৌবা ৱাখলগী অমদি আত্মাগী ওইবা শকলোন কয়ানা কয়ারক হুন্না ঐহাকপু মহাক্লা শুক্ষৎপ্রবনি। অসুম্না মখল মখেল কয়াগী ওইবা শক্তমবু ঐহাক্লা উত্থবনি; মতুং চহি খরদি মহাকপু চপ চানা খংগে হায়না ঐহাক্লা হেক ঙম্বা মখৈ হোৎনখি। খংজিনগে হোৎনবদু ঐঙোন্দা লুনা থোক্তে অদুবু ঐহাক্লা মাবু শেংনা খংলত্রা নত্রগা ভাব তারত্রা হায়বদু ঐঙোন্দা ঙক্লা থোক্লম্মী। মাগী মবমদা লাকশিনবা ইয়া য়াদবা করিগুম্বা অমা লৈরমই; ঈশ্বরগী শক্তি চংবা ভাবনা শাবা জীবগুম্না ওইনা নত্রগা ৱাখননা লাম্বা ফংদবা অচুম্বা শক্তম ওইনা নত্রগা লাকশিনবদা ৱানা থোকপা শক্তম ওইনা হেক হেক উই। কবিগুম্বদা মহাক্কী মমিত্তা য়েংবদা কনাগুম্বা অমনা ঐঙোন্দা মুনা মুনা য়েংবা ওইনা ঐহাক্লা উবগুম তৌবম্মী।

মতেক খরদং স্কুলদা তম্লকপা নত্তনা, নিয়ম নাইনা লাইরিক তমলক্নে; লাইবিক তমলকপী অমগুম্না মহাক ৱাখল খন্দে। খুনুংগী লৈশাবী অমা ওইনা মহাক ঐখোয়দা লাকপনি; হৌজিক কানগী চৎনবীনি হায়বা ময়াম্না খন্নবিবা, তোৎশিন্নবা শাজৎ-লমচৎ ৱাখন মশাদা করিমত্তা য়াওদে। লৈশাবী অমা ওইবগী থোৎপা নৌবা শক্তম মঙোন্দা করিমত্তা ৱাত্তে; অদুম্নদি ওইরগা মহাক্লা মৌসিংদা চল্লক্লবা মতমদা মহাক ৱাখল লৈবী, থবক তৌবদা ইচং থৌবী অমা ওইবকলম্মী লোয়ননা য়েংবদা ইথক হৌদবা ঈশিং ঈপাক মানবা থবক তৌথোরকপদা কল্লবা নোং নুংশিৎকুম্বী নুপী ওইবম্মী। মতমগী ইরাংদা তাওবী লৈশাবীগী লিচৎ-শাচৎ চৎপী, মশাগী ওইবা থাজবা ৱাৎপী, মতমগী লৈশাবী জাৎ নত্তে। অদুম্নদি ওইরগা মতমদুগী চৎনবীবু মহাক্লা লায়না ঙাকপা ঙমলম্মী। তৌইগুম্বসুং তশেংবদি মহাক ভারতকী লৈশাবীনি, হেন্না কুপাশিন্না য়েংশিল্লগা, জ্ঞান তানা চাওথোকচবী, চহি য়াম্লবসু অঙাং মচাগুম উৎপী, পংনা উববসু যাম্না শিংবী কশ্মিবগী লৈশাবীনি। মশক খংদবা, মানা নুংশিদবা মীগী মফমদা য়াম্না চীংলেম্বীনি; মশক খংনবা, মানা নুংশিবা মীগী মফমদা নুংঙাইবা হবাওবা মোমোন নোকপা শক্তম উৎপীনি। অফ-ফত্তগী মতম পুম্বদা থোক্তবসু অচুম্বা খনবদা য়াম্না থুবীনি; অদুম্নদি ওইবগা মহাক্লা পাম্বা পামদবগী, মশাগী ওইবা ৱাখলদি লেংদনা লৈবীনি। মঙোন্দা মীনম শোরীবগী ৱাখল লৈতে। কনাগুম্ববু মহাক্লা য়েংনিংঙ্গবদি শেংনা হেক্তা হায়দোকই; মরমদু ফুমদুনা থমগে হোৎনদে। অদুগা ফুমদুনা থমগে হোৎনরবসু মদু মহাক্লা শুকগুম ঙমদে। মহাক্লা তৌবগুম্না মপুকচেন শেংবা মগুন চেনবা মীওই, ঐহাক পংনা থেংনদে।

# অনিশুবা পন্দুপ

## অনিশুবা তাংকক

# ঐখোয় লুহোংমিন্নবা অমসুং মদুগী মতুংতাবা

ঐখোয় লুহোংমিন্নবগী অহানবা চহি খরগী মরমদা ঐহাক্না খল্লম্মী; কমলাবু ঐহাক্না য়াম্না পাল্লবসু মতমদুদা ঐহাক্না মহাকপু ইকাও কাওথোকই, মহাকপু ইয়া য়ানিংদে, হীরম অয়াম্বদা মহাক ঐগী লোয়নবীনি হায়বা ঐহাক্না কাওথোকই অমসুং য়ানিংদে। ঐহাক লুহোংলে হায়বসি ইশানা য়াজরবসু, ইশাগী ওইবা মংগী সংসারদা তাওনা লৈবগুম, ঐগী অকোয়বদা লৈরিবা মীশিংবু, তশেংবা মীওইশিংবু ভাবনা শাবা মূর্ত্তি পান্দবা মমি শামি ওইবা মমিগুম উদুনা ঐহাক ইশামক অফা অপুন্নবা ওইনা তৌরমই। লৈজবা শক্তি পুথোক্নুনা থবক নোমলম্মী, ঐগী ৱাখলবু চিংশিনবা বিষয়দা ঐগী ৱাখল পুম্বা লুপ্লম্মী। তৌরুবা খল্লুবা হীরমদা অখাকপা লৈতনা লৈজবা পাঙ্গল থারম্মী।

মহাকপু কাওবমখৈ ওহোক্না লাপ্পা তাম্না ঐহাক লৈরম্মী, অদুবু অশেংবা পোথাফম অমা ওইনা ঐহাক্না ইতৎ তত্তনা মাগী মনাক্তা হল্লক্লম্মী। নুমিৎ কযানিবোম, ঐহাক্না লাপ্পা (চৎথোকলুববসু) লৈববসু মাগী ৱাখলনা ঐহাকপু (ঐগী ৱাখলবু) ইংহল্লম্মী; য়ুমদা হন্নিংবগী লাংতক্লবা পোক্লম্মী। মঙোন্দা পাঙ্গল হাপ্পবা ঐহাকপু অৱা-পোখাহন্নবা মহাক লৈত্রবদা ঐগী প্লক্লিং হকচাংগী চোকথরবা বেটরিবু হন্না হন্না চার্জ্জ তৌনবা, তশেংনা ঐহাক্না করি তৌবা ঙম্ফম থোকপগে ?

মহাক্না পীবা অদু মঙোন্দগী ঐহাক্না লৌবম্মী। চহি নৌরিঙে মতমদা, মদুগা ওন্নবা ওইনা, মঙোন্দা ঐহাক্না কবি পীগ্রবগে ? তশেংবমক ঐহাক ঙমখিদ্রবনি; মতমদুদা তৌগ্রিবশিংদু মহাক্কী ৱাখলদা ময়েক লানা মমি তারম্বা য়াই। থিংবা ঙমদ্রবা নাপন্না অমদি হেন্না ভাব তাশিনখিবনা, মতেং নিবা ঐঙোন্দা লাকপা পামলমদে অদুমকপু কন্নাগুম্বা অমদা পীখিবদগী হেন্না ঐহাক্না মঙোন্দা মতেং পাংলমই। জাত্তিগী লানফমদা মহাক মশামক্কী মথৌদাং উত্তুনা য়াওবা পামলমই; কনাগুম্বদা নপচ-তাংজবা অমদি মীগুম মপুবোইবগী তুং ইনবা পামলমদে। মশামক্কী মরমদা, অমদি পৃথিবীগী মীশিংগী মফমদা, অচুম্বা চৎপা পামলমই। মহাক্না তৌরম্বা অদুদগী কা-হেন্না থবক চিনখিবনা মদু মমিত্ত ফাওবা য়েংশিনবা ঙমখিদে; মহাক্না মথৱাই য়াওনা পামজবা মহাক্না থাজরম্বদু ঐহাক মিৎ তাংবগুম করিমতা উবমদে। অদুবু মমৈদা তোয়না তোয়না ঐবু জেলদা ফাজিনবনা মাগা ঐগা লাপথোক্লরমই অদুমক্না মহাক নাখিবনি। তাগোরগী ড্রামাদা য়াওবা চিত্রাগুম মহাক্না ঐঙোন্দা হায়খিবগুম তৌই, "ঐহাক চিত্রানি। পূজা তৌনিংঙাই ওইবা লাইরেম্বী নত্তে, হৈনিংদনা হেক্তা তাম্হোকপা য়াবা মৈরাম্বীগুম, খ্বাইবু ৱাহনবা পোৎসু নত্তে। থৌনা উৎপা অমদি অৱাবা তারবা মতমদা, চানবীদুনা, ঐহাকপু লোয়নবীরবদি, অদুগা পুন্সিগী অচৌবা থৌদাং উৎপদা নহাক্না খংবীরমগদবনি" মসি মহাক্না মচিন্না থোক্না ঐঙোন্দা হায়রম্বা নত্তে; মাগী মিৎয়েংনা ফোংদোকপা মৱাহৈবু ঐহাক্না খংজিল্লুবনা মথং মথং ওইনা তাকপনি।

১৯৩০ গী হৌগৎলকপা থা খরদা মহাক্কী পামজবদু ঐহাক্না খংলম্মী অদুনা ইবানি পুন্না থবক তৌমিন্নরম্মী, থবক্কী ৱাখলদা অনৌবা নুংঙাইবা পোকলম্মী। লৈচিনগা লৈচিনগা ঙহাক থেংনরম্বগুম পুন্সিগী চিদায়দা ঙহাক লৈমিন্নরমই, ঐখোয় অনি; জাত্তিগী অহৌবা অমা লাকখিরমই। ঐখোয়গী নুংঙাইরবা থা খরগী মতমদু ! অদুগুম্বা নুংঙাইরবা মতমদু য়াম্না থুনা লোয়শিনগ্রে; এপ্রিলগী অহানবা শরুক্তা লৈবাক শিনবা থুংনা প্রজাগী হায়বা-ইন্দবা অন্দোলন হৌরকলে; সরকারনা মদু থিংনবা লাক্লরি; অমুক ঐবু জেলদা ফাজিল্লে।

ঐখোয় নিপামখৈ জেলদা লৈরম্মী। মতুংদা কাওবা য়াদ্রবা থৌদোক অমা থোক্লম্মী। ঐখোয়গী নিপী মখৈনা মাংজিন থারক্লে; অন্দোলন অদু মখোয়না পায়খৎলক্লে। অওইবা ওইনা মফমদুদা অতৎ অখম লৈতনা নিপীশিংনা চোংথোরকলে, তৌইগুম্বসুং হৌজিক উন মপাক মপাক তকথরকপগুম নিপীশিং হৌরকলে; বৃটিস সরকার খুদুম চনশিনগ্রে;

সরকারগী মীওই পূম্বা গুকপা ফংনা, খংহৌদনা, কোয়শিনগ্রে। নিপীশিংদুগী মরক্তা য়াওরী, অটৌবা শাগেগী নিপী, ময়াইওইবা ইমুংগী নিপী, মখোয় মখোয়গী য়ুম পুদুনা, চংজক্ষম থীবগুম য়ুমতদা লৈজবী নিপীশিং, — লৌমী ওইবী নিপী, থবক শুবী নিপী, ইনাক কৈরাক খুনবী নিপী — লিশিং লিশিং চোংখোক্লরক্লে - সরকারগী হুকুম, দারুগাগী চৈথু, মুক্লরক্লে। মখোয়না উংথোরকপা মথৌনা মরিংজেল নত্তনা মখোয়না উংথোরকপা নিংথিনা শেমশারবা ময়ামগী ওইবা শক্তি অমদি মপাঙ্গল থোয়না গুক্লিংগাইনি। নাইমি জেলদা থৌদোক অদুগী পাও ঐখোয়না তাবদা, ভারতকী চনুরাশিংগী থম্মোয়দা চেল্লিবা চাওথোকচনিংগাই ওইবা অগুকপা মগুণ থল্লুবদা, ঐখোয়গী থম্মোয়দা তুচুংবা অদু কর্দৌগেদসু ঐহাক কাওবা গুল্লরোই। থৌদোকসিগী মরমদা ঐখোয় মশেন বারী শাবা গুম্লখিদে; মরমদি ঐখোয়গী থম্মোয় কায়রম্মী, থম্মোয় পুবা গুল্লমদে; শিল্পরকপা পিনা থুমহৎখিদুনা ঐখোয়গী মিৎ চম্মমনরমই।

নাইনি জেলদা কায়নথংদা, ইপাসু ঐখোয়গা পুল্লরে; ঐখোয়না খংদবা কোঙ্গায় ঐখোয়দা লিরমই। প্রজাগী হায়বা ইন্দবা অন্দোলনগী মকোক অমা ওইনা মপান্দা নোল্লম্মী; লৈবাক শিনবা থুংনা নিপীশিংনা কা-হেনবা থবক চথরকপা অসি মহাক্লা থৌগৎলমদে। নহা ওইরিবী চনুরাশিংনা অমদি অহল ওইরবী চনুরাশিংনা, শারবা নুংশা মরক্তা লমজাও শোরোক্তা, ভাব ইত্ৰ তানদনা, পৈদুনা লৈবা, চৎপা, পুলিসকা থৎনবা, খ্বাইগী মপা ওইবগী রাখল অমদি অহল অমা ওইনা, মমাংগৌদা চৎনরম্বা চৎনবী মতুংইন্না, মহাক্লা পাল্লমদে। তৌইগুম্বসুং মতমদুগী প্রজাগী ইহৌবু মহাক্লা খংলম্মী; অদুনা কনাবুসু মহাক্লা মপুক্লিং য়েথবা তৌরমদে; মহাক্কী নিপী, মচানিপী, অমদি মমৌনিপী ফাওবসু অদুমগাই। লৈবাক শিনবা থুংনা নিপীশিংনা উৎলিবা মরিংজেল, মথৌনা, তৌবা গুম্বা শক্তি উবদা মহাক কয়া য়াম্না গুক্লম্বগে হায়বদু ঐখোয়দা মহাক্লা তল্লম্মী। মাগী ইমুং মনুংগী লৈশাবীশিংগী মরমদা নুংশিবা পোক্লা চাওথোকচনা মহাক্লা রা গাংলম্মী।

ভারত নিংতম্বা নুমিৎ হৌরকপা, ১৯৩১ জানুয়ারি তাং ২৬ তা ভারত শিনবা থুংনা পাংথোকখিবা মী লিশিং লিশিং তিনবা মীতিন্দা "রিজোলুসন ওফ রিমেমব্রেন্স, ইপানা তাকপা মতুংইন্না য়ান্নখি। মীতিন কয়ামদি পুলিসনা থিংখি; কয়ামবুনা নমদুনা থুগায়খি। (না-না না-না) ফমুংথক্তা হিপ্না ইপানা মসি শিনখিবনি; শিল্লিবা অদু মহৈ য়ানখি; মতমদুদা পাওচে, চিঠিচরাং, টেলিগ্রাফ, টেলিফোন, অমদি মরাচেৎনা লৈরবা ছাপাখানা অমতা চলায়বা গুমখিদে। অদুম্নদি ওইরগা, অকক্নবা মতমদা পাকচাওরবা লৈবাক্কী মফম পুম্নমক শিনবা থুংনা, লাপ্না লৈপ্নবা অরাপ্পা/খুঙ্গংশিংদা লম-লমগী/মবোন্দা অমদি ময়াম খংনবা লোন্দা রারেপ অদু পাথোক্লখি। রারেপ অদু লেপ্পপ্নবা মতুং তরানি শুবা নুমিত্তা ইপা লৈখিদে।

রারেপ অদু য়াম্না শাংই। মদুগী শরুক অমদি ভারতকী নিপীশিংগা মরী লৈরমই ঃ "ইমা লৈবাক্কীদমক, খুদোংথীবা, অরাবা তানরবা মতমদা, মখোয় মখোয়গী ময়ুমদা লৈনরম্বদু থাদোক্তুনা, চোকথবা লৈত্রবা মথৌনা অমদি খাংবা কনবগা লায়ননা, ভারত জাতিগী লাম্লীগী মাং থানা, লাম্লীশিংগী লানজংদা পাংথোকখীবা বলিদান অমদি মাইপাকপসু শরুক য়াদুনা, মখোয়গী নিপাগী লেংগা-লেংগা থেংবনা মায়োক য়াখিবা, ভারতকী নিপী ওইবীশিংবু থম্মোয় য়াওনা থাগচবা অমদি মখোয়গীদমক ইকাইখুম্নবা অদু, ঐখোয়না অঙৌবা চেথক্তা অমুবা তাববনি . . .।

অসিগুম্বা লৈবাক্কী অন্দোলনসিদা কমলানা থৌনা ফনা শিংথানবা য়ানা শরুক য়াখি; মশক নাইবা মীওইশিংনা জেলদা চংগ্ৰবদা এলাহাবাদ সহরদা ঐখোয়গী থবক থৌরম শীন্দোক শিনজিন তৌবগী ভার অদু মাগী হৈ-শিংদ্রিবা মখুত্তা তারম্মী। মহাক্কী মরিংজেন মথৌনানা ভাব তাদবা পুম্বদু ভাব তাহনখি; থা খবগী মনুংদা মহাক এলাহাবাদকী চাওথোকচনিংগাই ওইবী নিপী অমা ওইখি।

ঐগী ইপানা অনা কনশিল্লকবা অমদি লৈখিদ্রবদা তাঙ্গাদা ঐখোয় অনি অমুক উন্নখি। রাজনিতিদা নৌনা খোংদামিন্নবা মরুপ ওইবা অমদি অনৌবা রাখলগী ইপাক্তা তামিন্নবা মরুপ মপীজা ওইনা ঐখোয় অনি উন্নখি। থা খর লৈরগা, অহৌবা অমদি অরোইবা ছুটি মতেক ওইনা ঐখোয়গী ইচানিপী পুদুনা লক্কাদা ঐখোয় চৎমিন্নবা মতমদা ঐখোয় অনি নৌহৌননা অমগা অমগা খংনবগুম থোকখি। ঐখোয়না পুন্না লেনমিন্নখিবা হৌপ্লবা চহি কয়ামরুমদু, হৌজিক নৌহৌননা য়াম্না চান্ন-চিন্নবা মরী লৈনরিবসিগীদমক শেমশাবা ওইনা থোকখি।

ঐখোয় পুন্নমক য়াম্না থুনা হন্নক্রম্মী, থবক্লা ঐহাকপু ফাজিন্নমই; মতুংদা জেলদা চংলম্মী। ছুটি ওইনা মতম লেনবা লৈখিদ্রে, পুন্না থবক নোমিন্নদ্রে, চহি অনি অনিগী ওইনা মথং মথং অনিরক জেলদা লৈবদুগী মরক্তা মতম খরদং লৈমিন্নবা নত্তনা, পুন্না ফাওবা লৈমিন্নখিদে। অনিরক শুবা জেলদা লৈবা মতম লোয়ম্রিইঁদা কমলা শিব য়ানা নারম্মী।

কলিকটাদগী ব্রারেন্ট থারক্লুনা ১৯৩৪ ফেব্রুয়ারি থাদা ঐহাকপু ফাবা মতমদা, ঐহাক্লা লৈবা কাদা, ঐগীদমক ফী লৌবা লাকলম্মী। মঙোন্দা বিদায় তৌগে হায়দুনা ঐহাক্লা মাগী মতুং ইল্লম্মী। ইখং খংহৌদনা মহাক্লা ঐঙোন্দা কোনশিল্লম্মী, অদুদগী ব্রাছদুনা জ্ঞান মাংলম্মী। জেলদা চংববু করিসু ওইদনা নুংঙাইনা খন্দোকপদা, ঐখোয় ইশা ইশামক হৈন্নেবনা, অমদি মসিবু করিসু কান্নদবদা ব্রাবা শাবনি হায়না খন্দোকপনা, মহাক্লা ব্রাছবিবসে তাইওন্নবা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থৌদোক ওইরমই। য়ান্নবসু য়ামদ্রবসু মসিনা ঐখোয় অনি উন্নবগী অয়োয়বনি হায়না মহাক্লা হান্না খংজবা, তুংদা থোক্কদবা, করিগুম্বা লৈখিবনরা ?

ঐখোয় অমনা অমগী মতেং য়াম্না কা হেন্না দরকার ওইনরবা মতমদা, ঐখোয় অনি অমনা অমগী মনাক তান্না লাক্লবনা নকশিন্নরক্লবদা চহি অনি অনি জেলদা অনিবক লৈরবনা ইবানিবু খায়দোকলম্মী। মতম শাংনা জেলদা লৈবা মতমদা, ঐহাক্লা ব্রাখল অসি খল্লমই; অদুমকপু ইবানি অমুক হন্না পুন্না লৈমিন্নবা য়াবা মতম শোয়দনা লাকখিগনি হায়না আশা তৌবমই। অসুক শাংবা চহিশিং অসিগী মতমসে মহাক্লা মতৌ কবম্না লেল্লিগবা ? সাধাবন লৈফম থোকপা ফীবমদা লৈতে হাযবসি ঐহাক্লা চপ চানা খংদ্রবসু, জেলদা উন্নবদা অমদি শবক্তা ভাবতকী মপান্দা মতম খবদং লৈমিন্নবদা ঐহাক্লা ভাবনা শাদুনা খংবদি ঙমলমই। ঐখোয় ইশা ইশাগী অব্রাবা উৎনদুনা ঐখোয় অমনা অমবু পুক্লিং ব্রাহন্নদ্রবদি ঐখোয অনিমক মতম চুপ্পদা খ্বাইদগী নুংঙাইফম থোকপা মওংদা লৈনরমই হায়বা তায়। অদুবু অওইবমক্তি থবক থৌওং খবগী মবমদা যাম্না ব্রান্না নুংঙাইতনা মহাক লৈরমই; মহাক্কী মপুক্লিংদা শান্তি লৈখিদে। ঐহাক্লা খব মখৈ মতেং পাংবা য়াবম্মবনি অদুবু জেলদা লৈনা লৈনা মতেং করিসু পীবা ঙল্লমদে।

# অনিশুবা পন্দুপ

## অহুমশুবা তাংকক

## মীওইবগী, মরী মতাগী, খন্নবা য়াবা ব্রাফম

বাভেনওইলারদা চিক্লা শাংনা মতম খরা লৈবা মতমদা, পূন্নমকশিংসি অমদি তোঙান তোঙানবা ব্রাখল অসি ঐহাক্লা খল্লমই। জেলগী ইরাং, ঐহাক্লা তরায়না থাদোকখিদে। ঐহাক্লা মদু মতম শাংনা হৈনরম্মী; জেলগী অনৌবা ফীবম্না অহোংবা করিমত্তা থোকহনখিদে। ঐহাক্লা য়াম্না পামদবা অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা থৌদোক্লা থল্লবা নাজিগী লমদা ঐহাক লৈরমই; তৌইগুম্বসুং নাজিজম অদুনা ঐঙোন্দা ওৎ-নৈবা তৌদে। চীক্লবা খুঙ্গংদা অমদি ব্রেক ফোবেষ্টকী চিদায়দা নাজিজমগী খুদম করিমত্তা লৈতে।

অতৈ বিষয়দা ঐগী ব্রাখন লুপ্লম্মী। ঐহাক্কী হৌখ্রবা পুন্সিনা মাংদা তারি; কমলানা ইনাক্তা লেপলি। ভারতকী নিপীশিংগী, মহাক্লা খুদম অমা ওইরি, নত্তে, নিপী ওইবী মশামক্কীসু ওইরি। ঐখোয়তা নুংশিজববা ঐখোয়গী ইবৈবাক ভারতকী ব্রাখল, মহাক্কী মরান, অমদি শোঞ্জবা, ব্রাংনা লাম্বা ফংদবা, অমদি অঙকপা, পূন্নমক তাশিন্দুনা তিল্লি মাগী মশাদা। কমলা কনানো ? মহাকপু ঐনা খংলব্রা ? মাগী অশেংবা মশক খংলব্রা ? ঐহাকপু মানা খংলব্রা, ভাব তারব্রা ? ঐহাক, ইশামক, ইশানা খংবা গুমজদ্রবা, অঙকপা, লমখৈ খংদ্রবা, ব্রাখলগী ইপাক্তা ইরাক্লরবা, মপুং ফাদবা নিপানি। মসিনা মবম ওইদুনা ঐহাকপু মহাক্লা খরমখৈ পীরম্বা য়াই হায়না ঐনা খল্লি, করি করিগুম্বা মতমদা। হীরম খবদা কমলাগা ঐগা খেৎনরমমী; হীরম খরদা য়াম্না মান্নে, ঐখোয় অনিমক অমতা ওইশিন্নবা য়াদে। ইবানি অমগা অমগা মরী লৈনবদা ইবানিমক ইশোন্দা শোল্লি। ভাব তানৈ, মত মান্নে অদুম্দি ওইরগা খুদোংথীবা কয়াসু লৈরমই। লৈরম্বা মওং ইকায কায়হন্দবা, কাংখোং চায়হনবা য়ুম্বান, ঐখোয় অনিমক্লা পামদে।

ভারতকী কৈথেনশিংদা থেল্লিবা লাই'য়ামগী মরক্তা, কমলাগা ঐহাক্কা ঐখোয় অনি থংননা পুন্না য়েক্কুনা, হৌজিক কালগী ফীদম ওইবা মতৈ-মনাও, হায়না মী খরনা খঞ্জবা মওংদা, লাই অদুগী মথক্তা "আর্দশ জোরি" হায়দুনা ইবা থেংনৈ। তৌইগুম্বসুং মখোয়না ফীদমনফমনি হায়রিবদু লাকশিনবদা, উবদা, অকীবা ফংনা ব্রায়। লঙ্কাদা মতম খরা লৈরুবা মতমদা কমলাদা ঐহাক্লা হায়খিবা, "অব্রাবা কয়া মায়োক্লরবসু, থোং চানদ্রবসু, ওইদবা, অওইবা শাবা মীওইবগী পুন্সিদা লাকশিনগে তৌরবসু, ইবানি লুহোংমিন্নবনা অঙকপা থৌদোক ওইরবসু ঐখোয় অসি কয়াদা লায়বক ফগ্রবনো," অদুবু চহি লিশিং কয়াগী স্তান তানশিল্লবা মতুংদা, পূন্নমক অসি চপ মান্নে হায়বা খংলে। ঐখোয়গী অকোয়বদা লুহোংবা কয়া কায়খিবা, অরংবা, ফজবা, স্নামানবা কয়া, কান্নদবা কাংখথাংগী শক্তম ওইদুনা, চন্নবা য়াখিদবা, ঐখোয়না তত্তনা উরি। ঐখোয়না অয়াম্বা মতমদা খৎনরবসু অমগা অমগা শাওনরবসু ঐখোয়সি কয়াদা লাইবক ফরিবনো হায়না, মঙোন্দা ঐহাক্লা হায়বদা মহাকসু য়াই; অসিগুম্বা য়ানবগী মরুওইবা লংলবা মঙান মশেক অমদি ঐখোয়দা লৈরি; ইবানিদি পুন্সি অসি ইখং খংনবা অনৌবা থৌনা ফবা খোংজংনি; মদুনা ইবানিগী থম্মোয়নুংদা ইখং খংনবা, ইনৌত নৌবা, অমগা অমগা খংননবগী শক্তি অমদি লৈরি।

মীওইবগী মরক্তা লৈনরিবা মরি মতাগী ব্রাফম; মসি কয়াদা চেৎশিনগ্রবা, হৌনফমগী নিয়মনো; রাজনিতি অর্থনিতিগী মরমদা অকীবা ফংনা নৈনবদা হায়রিবা ব্রাফম অসিবু কয়াদা থৌশানদ্রিবনো। ভারত অমসুং চীনাগী কুইরবা হৈ-শিংলবা চাওখৎ খোংথাংদদি, মসিবু থৌওইদবা তৌরমদে; মশাগী মরান লৈজরবসু মীপুম খুদিংবু তশেংনা চপ মান্নহন্দুনা সমাজগী চৎনরোল মখল কয়া; হায়রিবা লৈবাকশিং অসিদা শেমগ্রবনি। মীপুম খুদিংগী অধিকার চপ মান্নহল্লি হায়রিবসে, গুসি,

ভারত্তদি অচুম্বা নত্তে। অদুগা অঁতে মরমদা য়ৌনা চাওখৎলবা নোংচুপকী লৈবাকশিংদা মসি লৈরব্রা ? চাং অমদা তেম্বসিবু লেংদনা লৈফম থোকপ্রা, নত্রগা হোংবা নায়বা চাওখৎপগী খোংথাংগী ওন্ন তৈনব্রা ? অমনা অমগীদমক মশাগী ওইজবা থাদোকপা তব্রা ? অওইবমক্তি, চাং অমদা তেম্বগী অপুনবা মপাঙ্গল লৈফম থোকই লোয়ননা বিজ্ঞানগা কোন্নবা থায়নগী ওইবা জ্ঞান অমসুং হৌজিক্কী ওইবা পাঙ্গল, অনিসিগী মনুং মপান মান্ননা চাওখৎপসু লৈফম থোকই। অপুনবা পাঙ্গলগী ওন্ন-তৈনবা শরুক্লা কায়শিল্লরুবা, মাংশিল্লরুবা অমদি অনিমক্কী চাং হম্থমিন্নররুবা মতমদা ওইবা পৃথিবীগী ইতিহাসকী মতাংদা ঐখোয়সু য়াওশিল্লরে।

# অনিশুবা পন্দুপ

## মরিশুবা তাংকক

## ১৯৩৫ খৃষ্টমাস

কমলাগী ফীবম ফগৎলকপগুম তৌরমই। তশেংনা ফরে হায়বমক্তি য়াদে; অদুগা চয়োল কয়ামরুম ঐখোয়না য়াম্না ৱারুবদু হৌজিক পোখাবা ফংলে। মহাক্লা (কমলানা) অরুবা তানফম অমা নাম্ভোক্তুনা খরা ফরকপা অসিদা মশাসু খরা নুংঙাইরম্মী। অসুম্না ফরকপা থা অমা ফাজিল্লক্লবদা মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা, ঐখোয়গী ইচানিপী, ইন্দিরা পুদুনা মতম খরা ইংলণ্ড য়েংবা ঐহাক চৎলম্মী। চহি নিপাল অসি মফমদুদা ঐহাক চৎপা ওল্লমদে; অদুবু মরুপ মপাং কয়ানা লাক্লুবা ঐঙোন্দা কন্না তকশিল্লমই।

বাডেনওইনারদা হল্লক্লে, হান্নগী থবক পায়খৎলে। নিংথমথা চংলক্লে; লবুক লমহাং পূম্বা উন্না কুপশিন্দুনা পুংঙৌ ঙৌখ্রে। খৃষ্টমাস নকশিল্লকপগা লোয়ননা কমলাগী ফীবম ফত্তবা হেঞ্জিল্লক্লে। অনৌবা লায়থেক অমা হাপচিল্লকলে; মহাক হিংগনি খনবদু লকলিদা য়াল্লক্লে। ১৯৩৫ গী মতম লোয়শিল্লক্লবদা কয়াকুইনা নুমিৎ কয়ানি অমদি পুং কয়া মহাক হিংখিগদগে খংদবা চম্মম্লরবা ৱাখলগী ইপাক্তা তাওদুনা উনতনা থানা কুপ্লগা য়াৱাথক্তা লাঙ্গোল য়োৎলম ফাৎপগুম ঐহাক্লা হেক হেক চৎলম্মী (ডাক্তর খানা তাম্না)। ঙৌরবা উন মপাক মপাক্লা লৈতেংলবা, চীক্লবা ইংলবা নিংথমথাগা, শিবগী চীকলকপা ইংবা চেক-মক লাওনদবা মতমগা অনি চান্ননা উরম্মী ঐহাক্লা। ফরকখিগনি খল্লম্বা ঐগী আশা অদু মাংখ্রে।

তৌইগুম্বসুং কমলানা অনৌবা লায়থেক অদুগা মাইরোং য়াবা তারম্মী; মহাক্কী অঙকপা শক্তিনা লায়থেক অদুবু নমথরম্মী। মশা খরা ফগৎলক্লে; লোয়ননা মপুক্লিং মকা লাম্লক্লে; বাডেনওইনারদগী মহাকপু পুহন্নিংলম্মী। মফমদুদা মহাক লৈনিংলক্লে; মহাক্কী মপুক ওল্লকপগী মরমদি লায়য়েংশংদা লৈরম্বা অনাবা অমা শিরম্মী; শিরিবা অনাবদুনা মঙোন্দা লৈ-শু হেক হেক পীরমই; অমুক অনিরক মাগী মনাক্তা লাকলম্মী। অনাবদু আর্লণ্ডা লৈবা অঙাং অমনি; কমলাদগী হেন্না মহাক্লা মশা কল্লম্মী; মপান্দা হঙ্গৎ-হন্দা মহাকপু ডাক্তরনা হৱা চাহল্লম্লবনি। মহাক শিবগী পাওদু কমলানা তাদনবা ঐখোয়না কন্না হোৎনবনি অদুবু গুমখিদ্রে। নাদুনা লৈরম্লগা, মতম কুইনা হিংদুনা অনা-লায়য়েংশংদা ফাওবা লৈয়ু হায়না মরাইবক্তা তমথ্রবা অদুগুম্বা অনাবগী তাহন্নিংদবা পাওনা অঁতে অনাবশিংদা নুংশা থীবা ৱাখল অমা পোকহল্লি।

জনুয়ারিদা নুমিৎ খরনিগীদমক পেরিসতা চৎলমই অদুগা লণ্ডনসু য়ৌরুই। পুন্সিগী যৌদাংনা ঐহাকপু অমুক চিংশিল্লক্লে ঐহাক্লা লণ্ডন্দা লৈরিঙৌদা ইণ্ডিয়ান নেসনেল কংগ্রেসকী অমুক হন্না প্রসিডেন্ট খল্লে হায়বা পাও ফংলম্মী; এপ্রিলদা ফমগনিসু হায়রকই। মরুপ মপাংশিংনা হন্না ঐঙোন্দা হায়খ্রবনি অদুনা ঐহাকসু আসা তৌদুনা লৈরকইবনি; মসিগী মরমদা ঐহাক্লা কমলাগসু খন্নখ্রবনি। কমলাবু হন্দোক্লমগদ্রা নত্রগা প্রসিডেন্টকী ফম থাদোক্কদ্রা হৌজিক ঐঙোন্দা অৱাবা অমা ওইরে। মহাক্লা ঐহাকপু ফমদু থাদোহন্নিংদে। মহাকসু খরা ফরক্লবনিনা, খরা লৈরগা ঐহাক অমুক লাকপা তাৱা হায়না ঐখোয় খন্নরম্মী। ১৯৩৬ কী জানুওয়ারি লোয়রমদাইদা কমলানা বাডেনওইলার থাদোক্লমই, মহাকপু সইজার্লেণ্ডদা লৈবা লোসমিনিগী মনাক্তা লৈবা অনা লাইয়েংশং অমদা পুরমই।

# অনিশুবা পন্দুপ

## মঙাশুবা তাংকক

## শিবা

কমলাগা ইবানিসু সুইজার্লেণ্ডদা হোংবা পামলমই। মহাক খরা নুংঙাইনা উরম্মী; সুইজার্লেণ্ডকী শরুক অদু ঐহাক্না হান্না নিংথিনা খংবনা ঐঙোন্দদি য়াম্না নুংঙাইনা থোকলম্মী। মহাক্কী ফীবম থোয়না হোংবা তৌদে; হান্নদগী হেল্লিনবসু তৌদে। খজিক খজিক মতম খরা ফগৎলকপগুম তৌরম্মী।

ভারত্তা ঐহাকপু তোয়না কৌরকলে; ভারত্তা লৈবা মরুপ মপাংশিংনসু ভারত্তা হল্লক্লবা তকশিল্লক্লে। ঐহাক পোত্থাফম খংদ্রে; ইরৈবাক্কীদমক তৌফম থোকপা ইথৌগী মরমদা মতমচুপ্পা খনবা হৌরকলে। চহি কয়া'মা জেলদা লৈদুনা করিমত্তা তৌবা ঙমখিদ্রে; মতুংদসু মীরৈবাক্তা লৈদুনা প্রজাগীদমক তৌফম থোকপা থবক্তা মাইরোং য়াবা ঙমখিদ্রে; হৌজিক নুংঙাইতবা, নিংবা থুংদবা ব্রাখলনা তত্তনা তকশিল্লকলি। লণ্ডন অমসুং পেরিস য়েংলুবা, ভারতগী লাকপা পাও, পুন্নমকসি খল্লুবদা ঐহাক্না ঐগী লৈফম কাদগী থোরকলম্মী; অদুগা কা মনুংদা অমুক চংনিংলমদে।

হীরম অসি কমলাগা তান্নবমই; অদুগা ডাক্তবশিংগী মত লৌরমই। ঐহাক্না ভারত্তা হনবসি মখোয়না য়াইরমই। ডচ্চ কেঃ এলঃ এমঃ ইয়ার লাইন্দ টিকেট ককলে। ফেব্রুয়াবি তাং ২৮ দা লাওসান্নি থাদোকপা তারম্মী। মমৈথংদা মসি লেপখি; অদুগা মহাকপু থাদোক্লগ্গী ব্রাফমসি কমলানা য়ানিংদে হায়বা ঐহাক খংই। অদুম ওইনমক ঐহাক্কী থৌবমশিং হোংনবা মহাক্লদি হায়রোই। ভারত্তা কুইনা লৈরোই হায়না মঙোন্দা ঐহাক্না হায়রম্মী; থা অনি অহুমগী মতুংদা হল্লক্লে হাযনসু ঐহাক্না হল্লম্মী। মহাক্না হলহন্নিংলবদি ঐহাক য়াম্না থুনা হল্লকনি। পাওবু ফংলবদি চয়োল অমগী মনুংদা এবোপ্লেন্না মাগী নাক্তা হল্লকপা য়ারমই।

ঐহাক্না খোংশান্নবা লেপলিবা অকক্লবা মতমদু নুমিৎ মরি-মঙানিদা ঙায়শিল্লক্লে। বেক্সতা লৈবা নক্লবা স্কুল অমদা তমলিবা ইঞ্জিনিয়ার্স চিরবা মতমসিদা ঐখোয়গা লোয়ননা লৈগে হায়দুনা ঐখোয়গী নাক্তা লাক্লুনা লৈরমই। ডাক্তবনা ইনাক্তা লাকলগা, ঐহাক্না ভারত্তা হনগদবা মতমদু চয়োল অমা নত্রগা নুমিৎ তরানিরোমদং চোনথনবা হায়বম্মী। মখাতানা মহাক্না করিমতা হায়রমদে; মখোয়না হায়রিবদু ঐহাক্লসু খুদক্তা য়ারম্মী; অদুগা কেঃ এনঃ এমঃ দা হান্নগী ককলগা অমুক হন্না এরোপ্লেনগী ফম্ফম কল্লমই।

অরোয়বা নুমিৎনা নকশিল্লক্লবদা কমলাগী ফিভম খজিক হোংবগুম তৌরমই। হকচাংগী ফিবমশিং ঐখোয়না উবদা করিসু তৌদে; মাগী অকোয়বদা লৈরিবশিং অদু মপুক্লিংদা থওইদবা মাল্লি। কনাগুম্বনা মহাকপু কৌই হায়না ঐঙোন্দা মহাক্না তন্নমই। কনাগুম্বা অমা মহাক্না উরমই অদুগা ইমুংদা চংলকই হায়; অদুবু ঐখোয়দি কনামতা উদে।

ফেব্রুয়ারি তাং ২৮ গী অয়ুক অঙনবদা মহাক লৈখিদ্রে। ইণ্ডিরাসু মফমদুদা লৈরমই; মাদা নত্তে ঐখোয়গী থাজরবা মরুপ অমসুং থা কয়া চুপ্পা তোয়না লৈমিন্নরবা মরুপ ডাক্তর এমঃ অচনসু লৈরমই।

সুইজার্লেণ্ডগা নক্লবা সহর কয়াদগী মরুপ মপাংশিংসু লাকলম্মী। লোসান্নিগী পোৎলোয়ফম তান্না মহাকপু ঐখোয়না পুরমই। মহাক্কী ফজরবা হকচাং, রাশি লৈনা অসুক তোয়না নোকলম্বা নিংথিজরবা মাইখোং মিকুপ খরগী মনুংদা উৎ ওইদ্রে। কান্নবা থৌদাং য়ারম্বা, পুন্সিগী তৌফম থোকপা মথৌ পাংথোকলম্বা, হরাওনা নোকনা লৈরম্বা হকচাংগী অরেম্বা শরুক অদু পীক্লবা পাত্র অমগী মনুংদা য়াওরি।

# অনিশুবা পন্দুপ

## তরুকশুবা তাংকক

# মুসোলিনি

## হল্লকপা

লোসান্নি অমসুং ইউরোপতা দগুগী মশক ওইনা ঐহাক্না লৈবা অদু লোয়শিল্লক্লে; মফম অদুদা শাংথনা লৈবগী কান্নদ্রে। ঐহাক্কী পুক্নিংদা ভাবনা শারম্বা ৱাখলসু তশেংনা কায়খ্রে; মতমদু য়াম্না নুংঙাইতবা মতম ওইবনা নিংবা কায়বগী ৱাখলগা ইরোয়ননা মথংগী ওইবা ৱাখল খনবা হৌরকলে; অদুবু ঐহাক ৱাখল থোক্লে। ইন্দিরাগা ঐগা মোনট্রেক্সতা ইংনা মতম খরা লেন্নবা চৎলমই।

মোনট্রেক্সতা লৈরিঙৈদা, সিগনর মুসোলিনিনা, ঐগী অৱাবগী অৱাবা শরুক য়াবগী পাউ পুদুনা, লোসন্নিদা লৈবা ভারতকী রাজদুতনা ঐগা উন্নবা লাকলম্মী। মিগনর মুসোলিনিগা ঐগা অমুক্তং উন্নখিদ্রিবনা অমদি মহাক্না করিগুম্বা মখলগী মরি অমতা লৈনখিদ্রিবনা ঐহাক্না খরা গুক্না থোকলম্মী। ঐগীদমক ৱাবীবগী তৌবিমল উত্তুনা নুংঙাইবা ফোংদোকপগী পাও অমুক থাজিনবীনবা রাজদুত্তা ঐহাক্না হায়জরম্মী।

সিগনর মুসোলিনিনা ঐহাক্না উন্ননিংই হায়না রোমদা লৈবা ঐহাক্কী মরুপ অমনা চয়োন খরগী মমাংদা ঐঙোন্দা চিঠি ইরকই। মতমদুদা ঐহাক রোমদা চৎনবগী মরম লৈতে, হায়বসু হায়খি। কায়নথংদা ভারত্তা প্লেন্না হল্লগে হায়না ঐহাক্না নিংলকপা মতমদা অমুক্না হন্না পাও অসি থারকলমই, মদুগী মরমদা পুক্নিংদা করি লৈবগে খনবা লাংতক্লবা পোকলমই। মহাক্না উন্নবা পাম্লমদে, অদুম্নদি ওইরগা হৌনবা খংদবা তাহনবসু পামলমদে। মহাক্না উন্নবা পামদবসি ঐহাক্না নমহৎপা তাবনি, অদুগা ডিউক অসি করম্বা মীতা জাৎনো খনবদা ঐহাক গুকই। মতমদুদা আবিস্সিয়াদা লাম্ছেংনরমই; মহাক্না ঐগা উন্নবসিনা মীয়ামদা মখল কয়াগী ৱাখল খলহনবা য়াই, মসিনা ফেসিসকী প্রচারগী মচাক ওইনা শীজিন্নরকপা য়াই। অদুম্নদি ওইরগা উন্ননিংদে হায়বমক্তি ঐগী চিন্দগী থোকহনখিদে। ইটালিদা লৈবা ভারতকী ছাত্রশিং, ইটালি য়েংবা চৎচবা ভারতবাসী কয়াবু, মশানা য়াননা, মশা মশানা খংদনা ফাওবা ফেসিসকী প্রচার ওইনা শীজিন্নখিবা খুদম কয়া ঐনা খংই। ইটালিগী খবর "গীওরনেল ডি'ইটালিয়া" দা মহাত্মা গান্ধিগা ইউন-উন্নদনা উন্নে হায়জিন্দুনা ১৯৩১ দা ফোংখি।

মরমসিনা ঐহাক্না য়ানিংদবগী পাও অদু ঐগী মরুপ অমদা পীখি; মমৈথংদা চিঠিসু ইখি; ভাব তান্নদবগী ওইবা য়াবা শরুক থাদোক্লবা ঐহাক্না টেলিফোন তৌখি। মসি পুম্না কমলানা শিদ্রিঙৈদা থোকখিবনি। মহাক শিরবা তুংদা ঐহাক কনাগুম্বা অমগা উন্ননিংবগী অপাম্বা পোক্লে হায়না পাও অমা অমুক থাখি।

কেঃ এলঃ এমঃ তোংদুনা রোম ফাওনা চৎপা তাবনা অমদি মফমদুদা নুংথিল অমা অহিং অমা পনবা তাবনা ঐগা উন্নসি হায়না তকশিল্লিবসি য়াম্না মরম চারমই। গুহ্যাক পন্দবা য়াদবনা উন্ননিংইবা অদুসু য়াদফম থোক্লমদে।

মোন্ট্রেসতা নুমিৎ কয়ানিমরুম লৈরম্লগা ঐহাক জেনেভা অমসুং মার্সেলেস পাংলমই; মফমদুদগী নোংপোক হারমগী লমদমদা কেঃ এলঃ এমঃ প্লেন তোংদুনা লাকপনি। নুমিৎযুংবা মতুং ওইনা রোমদা থুংলবদা, সিগনর মুসোলিনিগী চীফ ডি কেবিনেটনা পীরকপা চিঠি পুদুনা অচৌবা ফম্নাইবা নিপা অমা ঐগা উন্নরে, চিঠি অদু ঐঙোন্দা পীরে। মরোন্দি অসুম্না হায়, ডিউক্না ঐহাক্না উন্নরবদি য়াম্না নুংঙাইগনি, উন্ননবগীদমক নুংথিল পুং ৬ তাবদা মহাক্না লেপ্লে। ঐহাক গুক্না থোকলম্মী, ঐনা হান্না পীখিবা (ইখিবা) মরোন্দু মঙোন্দা নৌহৌনা নিংশিংলম্মী। তৌইগুম্বসুং, হৌজিক পুম্নমক লেপ্পরবনি, শিল্লিবা থৌরম অদু কায়হনবীরগনু হায়না মহাক্না কন্না হায়রম্মী। করিগুম্বা উন্নদবা থোক্লবদি, শোয়দনা মহাকপু মাগী থবক্তগী

তাম্থোকলবা য়াই। উন্নবগী মরমদা পাওজেন চেদা হাপফম থোক্তে হায়না ঐনা শেংনা খংই, মিৎনা কুপ্লা অমতং মাগা উন্নরম্বনা ফগদ্রা নিংলমই । ঐগা উন্নবদা মানা তৌগে হায়না নিংইবদু অঁতে করিসু নত্তে; ঐগা খুৎ পায়নদুনা চিংনবা, লৈখিদ্রবী ঐগী নিপীগীদমক অহাবা ফোংদোকপা অসিতনি। ঐখোয় (ফম্লাইবগা) অনিমক ব্যবহার কায়নদবা পুং অমা পুরা ময়ে শাংদানরম্মী; ব্রা ভাংবদা ইবানিমক খাংতক খাংতক তৌরমই; মতমদু ঐঙোন্দা য়াম্না হৈনিংদনা থোক্লম্মী; মহাকসু ঐদৌনা তৌরম্বা য়াই। অসুম্না ভাংনরিঙৈদা উন্ননবগী অককুবা মতমদু হৌরে; ঐহাকসু ঐনা তৌগদবা থবকলোমদা য়াই ওনশিল্লে। ঐহাক লাকপা ওমদ্রে হায়দুনা ডিউক্কী কোনুংদা টেলিফোন তৌখ্রে।

নুংথিন্দা চিঠি অমা ইদুনা ডিউক্তা হায়রমই, মরোন অসুম্না হায়খি : মহাক্লা উন্নসি হায়না ঐঙোন্দা চানবীদুনা পীরকপা চিঠি অদুগী খুদোংচাবদু ঐহাক্লা লৌবা ওমহৌদবনা ঐহাক নুংঙাইত্রে; মাগী পুকচেল চাওবা মীনুংশি খংবগীদমকসু মহাকপু ঐনা থাগৎলমই।

ঐগী খোংচৎ অদু অমুক চথরম্মী। কায়রোদা ঐবু উন্ননিংবা মরুপ অরিবা কয়া লৈরম্মী; মদুদগী নোংপোক পাংলকলে, মথং মথং নোংচুপ এশিয়াগী লৈকংলা মথক্তা পাইরকই। ঐগী খোংচৎকীদমক দরকার ওইদুনা শেম শাবা অমদি তোঙান তোঙানবা থৌদোক কয়াদা ঐগী ব্রাখল অসি অফা অপুন্নরমই। কায়রো তুংওইনরমলগা পাক চাওরবা লৈকংলাগী মথক্তা পুংজা কয়া পাইবদা নুংঙাইতবা ইতোমতা ভায়বগী ব্রাখলনা ঐবু খুদুম চনখ্রে; ঐগী পুক্লিং তয়াং তশোয়বকলে, ব্রাখলগী আশা ময়োন কংথরক্লে। ঐনা যুমদা হল্লিবনি হায়দুনা চৎলি অদুবু ঐঙোন্দা য়ুম ওইনা খন্দ্রে; ঐগী ইনাক্তা থুমোক অমদি লৈ; মদুগী মনুংদা পাত্র অমা য়াওরি। কমলা হায়ববু মদুনা লোয়রে; ঐখোয়না আশা তৌবম্বা মং অদু মাংখ্রে, মাংখ্রে উৎ ওইনা। মহাক লোয়রে, কমলা লৈত্রে হায়না তত্তনা ঐহাক্লা খল্লি।

মহাক্লা ভোবালি লাইয়েংশংদা লৈরিঙৈদা ইবানি খয়খিবা ঐগী পুন্সিগী রেকোর্ড, ঐগী পুন্সিগী ব্রারি ঐহাক্লা নিংশিংলকই। মরক মরক্তা ঐহাক্লা ইবা পন্দুপ অমা অনি ঐহাক্লা পুথোক্লুনা মঙোন্দা হেক হেক পারমই। মতাংদু মহাক্লা যেংই অমসুং তারম্মী। মতাং অদু নত্তবা শরুক মহাক্লা য়েংবা তৌদে অদুগা পুন্সিগী ব্রারী ইবা লাইরিক্তা মখা তানা পন্দুপ খবা ঐখোয়না ইথবসু তৌবমদে।

ঐহাক্লা বাগদাদ য়ৌরবদা, ঐগী পুন্সিগী ব্রারী ফোংবীগদৌরিবা লণ্ডন্দা লৈবা লাইরিক ফোংবা মীওইশিংদা, "টু কমলা হু ইজ নো মোর" হায়না থাদুনা লাইরিক অদু কৎথোক্লবা ঐহাক্লা পাও থারম্মী।

করাচি য়ৌরে; শকখং মা: ংনবা মী কয়া অমদি মীয়াম তিন্দুনা লৈরমই। মতুংদা এলাহাবাদ য়ৌরে; মমল নাইদ্রবা পাত্র অদু য়াংনা চেল্লিবা গঙ্গা তুরেল তান্না পুরমই; পুকচেল তপ্পবা তুরেলগী ইরোম্নুংদা উৎ অদু থাদরম্মী। খাংঙমদ্রবা কয়াবু সমুদ্র তম্না মহাক্লা (গঙ্গানা) পুথবীখ্রে; ঐখোয়গী তুং ইঙ্গরম্বী অদুবু চেৎনা চান্না মথানুংদা কোনশিবীদুনা অরোয়বা খোংচৎ ওইনা পুবীখ্রে।

# অহুমশুবা পন্দুপ

## অহানবা তাংকক

# থিজিনবা
# হৌখ্রবা ভারতকী চাওরাকপা মিংথেং

ৱাখল তৌবগা লোয়ননা, খুৎ থোক্লরকলবা মতমসিদা, ঐগী ৱাখল ভারতকী মরমদা লুপলম্মী, ভারবর্ষবু মশক খংগে, ভাবতকীদমক তৌফম থোকপা ঐহাক্কী থৌদাং মশক খংগে হোৎনরম্মী। ঐহাক্না অঙাং ওইরিঙৈ মতমদু খন্দুনা, মতমদুদা ঐহাক্না খনখিবা অদু নিংশিংনবা হোৎনরমই, মতম অদুদা ঐহাক্না নিংলম্বা অদু তুমখৎলকপা ঐগী ৱাখলগী মিংথেংনা হন্না য়েংবদা, কয়াদা মওং চাদনা উরিবা; অনৌ অনৌবা ফংলকপা জ্ঞান্না, মদুবু মওং তানবা শেমগৎলি। করি করিগুম্বদা লমথাফম তান্না হজিনবা তারম্মী, লেংবা নাইদনা খজিক খজিক মওং তারকপা লমথাফম্না তপ্না তপ্না অহোংবা পুরকলি; হৌখ্রবা ৱারী, থোকখি থোকখিদে খংদ্রবা ৱারী ৱাতাই অমদি হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা অচুম্বনা অঙকপা ফংবা য়ানশিন্নরবা মওং পুথোকলি। মদুনা ঐঙোন্দা চাওথোকচবা ৱাখন পোকহল্লি, অমুকসু ইকাইবা পোকহল্লি; অন্ধবিশ্বাসপু থাজদুনা থবক ওইনা চখবা, কান্নদ্রবা চৎনবা য়াদ্রবা ৱাখল খনবা, পুম্নমক্কী মথক্তা ঐখোয়গী প্রজাগী ফীবম অবস্থা, লায়রবনা চাক্তারবা ইরৈবাক পুম্নমকসি ঐখোয়গী অকোয়বদা য়েংউ-য়েংউবদা উবনা ঐহাক থোইনা হেন্না ইকাইবা পোকলি।

ঐহাক্না চহি য়ামশিল্লকপগা লোয়ননা ভারত নিংতম্বা পুরক্লবা অকনবা থবক পায়খৎপদা ইশামক য়াওশিল্লমই। ভারতকীদমক খনবা ৱাখলদা পুক্লিং লুপ্লমই। ঐখোয়গী থম্মোইনুংদা য়েকশ্রবা অপাম্বা অমদি চম্মম্নরবা শরুক শেংনা খংদোকপা য়ানবা, ঐহাকপু লেপ্পা লৈতনা কৌদুনা থবক পায়খৎনবা ইনশিল্লিবা, ঐহাকপু খুদুম চনশিনলিবা ভারত অসিনা পামইবসি করিবুনো ? ইনশিনবগী খুৎমাবনা ঐঙোন্দা হান্না লাক্লম্মী; ইশাগী অমদি জাত্তিগী চাওথোকচবা, মীপুমগী ওইবা অপাম্বনা মীতোপকী মখা থানা লৈববু পামহনলমদে, ঐখোয়না পামজবা, নিংখা তম্বা মওংদা পুন্সি লেনবা পাল্লম্মী। মরন মথুম লৈজবা, থায়নদগী হৌনা ফীবম তানা লৈজরক্লবা ভারতকুম্বা অচৌবা লৈবাক অমবু মখোং মখুৎ পুন্দুনা, লাপ্না লৈপ্রবা দ্বীপ মচা অমনা কুসি তৌনা ফাজিন্দুনা থম্বসে খনবদা ঐঙোন্দা ৱানা থোক্লম্মী। অসুম্না নমথদুনা থম্লবা লৈবাক অসিনা নোংমা নোংমগী লায়রশল্লকপা অমদি হায়বা ঙমদবর্মখৈ নমথরকপা অসিনা থোয়না হেন্না কীনরক্লে। মসিনা মরম ওইদুনা ঐনা অমদি ঐখোয় পুম্বনা থবক পায়খৎপা তাবনি।

ঐহাক্কী থম্মোয়নুংদা তত্তনা হংইবা ৱাহংশিংগী অচাবা পাওখুম পীদুনা পেলহনবা ঙমদ্রি। ভারতকী বিবরন অমদি মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেমদি থমখিসি; ভারত অসিবু করম্বা ফীবমদা লৈরিবগে ? হৌখ্রবা মতম করম্না লৈরম্বগে ? মতমদুদা করিনা মঙোন্দা পাঙ্গল হাপ্লম্বগে ? অদুগুম্বা শক্তি মপাঙ্গল অদু করম্না মাংখিবগে ? মপাঙ্গল অদু পুম্মাং মাংগ্রব্রা ? হৌজিক করম্বা শক্তি লৈহৌরিবগে, মশীং লাকঙমদ্রবা মীয়ামগী চংজফম পীবা নত্তনা ? হৌজিক কালগী পৃথিবী অসিদা করম তৌরগা মীমাম্নবা ঙমগদগে ?

নাইতোম তাববু করম্না পাম্নদবা, নাইতোম তাবনা মীরক তিনবা ওইখোক্তবনি হায়বা ঐহাক্না খংন-খংন, পৃথিবীগী জাত্তি পুম্নমক্কী ওইবা থবক্কী থৌরম্না পৃথিবীগী, অতৈ লৈবাকশিংগী মরক্তা রাজনিতি, অর্থনিতি অমদি চৎনরোল পুম্নমক্তা খুৎশম্নদুনা তুংদা ওইবক্কদবা ফীবম অদু ঐহাক্কী পুক্লিংদা হান্না মওং লাকশিন্নবনি। হৌজিক থোকইবা থবক্কী তুংদা লেপ্তুনা ইল্লকনি তুংদা থোক্কদবা থবক্লা, শাংগ্রবা মখল মথেল কয়ানা তাশিন্দুনা ওইগ্রবা হৌগ্রবা থবক্লা হৌজিকমক থোকইবা থবক্কী মাং থাগ্রি; অসিগুম্বা থবকসি হৌত্রবা থবক থৌওংগী হৌবকপনি, শমথরকপনি। মবমসিনা খংজিন্নবগীদমক ঐহাক্লা হৌগ্রবা শরুক্তা হঙ্গত্তুনা য়েংলিবনি।

ঐগী ঈ-দা ভাবতকী শরুক য়াওরবদি (য়াওববনি), ভাবতকী ঈ-দা থোয়না হেন্না য়াওবা উবদা ঐহাক তু-মান খ্যাও চুংই। অদুম ওইনমক ঐহাক্লা থেংনবা, হৌগ্রবা লেমহৌবা শরুক কয়া, অমদি হৌজিকমক ওইবিবা ফীবম পামজদবনা, ভারতকী য়েক্লবা তুকা থিগনবা মীওই অমা ওইনা মহাক তম্না ঐনা চংশিল্লি। নোংচুপ হাবম ফাওদুনা হেক গুম্বমখৈ মহাক মঙোন্দা য়েংলি। মাগী শক্তম, শকওং, মাইথোং ওম্বোক্লবা ঐহাক্লা খৌবাংলি। হৌজিক মতমগী ওইবা ফীজোন খোলহন্নবা ঐহাক্লা লাক্লবি। অদুবু পুক্লিংদা চিংনবা পোকলি। হৌগ্রবা মতম কয়াদগী হৌনা মথং মথং মাগী ওইনা ফংজববকলবা শরুকপু হুমদুনা খোত্তুনা থিগে খল্লিবা ঐহাক অসি, ভাবতপু মশক খংলত্রা ? খোতক্তুনা য়েংগদবা শরুক কোঙ্গায় লৌবি, শোযদনসু খোত্তোক্নুনা য়েংগনি। মমাংঙৈদা ওইখিবা ভাবত অদু হৌজিক্তি অদুম ওইবা যাববোই; খাংবা কনবা, অর্মাদি শক্তি, মহাক্কী লৈজদ্রবদি নত্রগা লৈফম থোকপা মগুণ লৈববদি মহাক্কী চৎনবোলনা চহি লিশিং লিশিং, লৈবা গুম্বা হৌনদে। হাযবিবা মগুণ অসি কবিবুনো ?

ভাবতকী অরাং নোংচুপতা, সিন্ধু তুবেলগী লৈতেম মান্নববা লমদমদা লৈবা মোহেঞ্জো-ডাবোগী লৈপুংদা কাখত্তুনা ঐহাক্লা লেপ্লমে। চহি লিশিং মঙাগী মমাংদা লৈবমই হাযনবিবা থায়নগী সভব অদুগী মনুংদা লৈবম্বা যুম কৈ অর্মাদি লমজাও শোবোক শিংনা ঐগী অকোযবদা লৈবি; মতম অদুদা মফমদু মপুং ফানা চাওখৎলমই। প্রোফেসব চায়ল্ডনা ইবমই, "চহি কয়া চংনা অখাংকনবগা লোযননা লোৎনবকপগী মপান্না, তোপ-তোপ্পা মওংদা লৈবম্বা মপুং ফাববা মীওইবগী যুম্নান কৈবান অর্মাদি চাওখৎপবু, ইন্দজ সিভিলাইজেসন্না উৎলি। মদু মতম শাংনা লৈবমই, অদুগা মদুমক থাঙ্গৈশেংবা ভাবতকী ওইবা চাওখৎ খোংথাংনি; মদুদনা হৌজিক মতমগী ভাবতকী খুৎশা-হৈবা অমসুং কলা কয়াগী হৌফমনি।" অঙকপা রাখলনি; কবিগুম্বা সভ্যতানা লিশাং শিৎনা চহি লিশিং মঙা তরুক অমদি মদুদগীসু হেন্না শাংনা লৈবমই, লৈবমইবদু অহোংবা লৈতনা, হেনগৎপা তাথবা তৌদনা চপ লেপ্তুনা লৈবমই, অবেপ্পা লৈতনা চাওখৎলমদা চংশিল্লকলি। পার্সিযা, ইজিপ, গ্রীফ, চীনা, আবব, এশিযাগী ময়াই-লম অমদি ভূমধ্যসাগবদা লৈবা মীশিংগা তৎন-থানবা লৈতনা ভাবকা মবী লৈনবকলি। অদুগা মহাক্লা মখোযবু মপাঙ্গল হাপ্পবসু মখোয়না মঙোন্দা হাপ্তবা নত্তে অদুযু মহাক্কী চাওখৎপগী যুম্ফমদি অসুক মতিক কল্লি; মদুদি কুইনা খাংবা ঙমই। মপাঙ্গল অসিগী অবোনবা শক্তি-মগুণনা কবিনো ? কদাইদগী লাকপনো ?

ঐহাক্লা মহাক্কী রাবি পাবে; পাবে মশীং লাকঙমদ্রবা মহাক্কী থায়নগী সাহিত্যগী মচেৎ খবদং, রাখলগী কল্লবা ইচেল, লোনগী অশেংবা শরুক, অমদি মদুগী ইনুংদা চেল্লিবা ফজববা লূববা রাখল পুম্নমক অসিনা ঐহাকপু কয়া হোয়দুনা পুই। হৌগ্রবা চহিদা মফম অসিদা লাকখিবা, মখোয়না য়ৌরুবা লমশিংগী মরমদা ইবা শরুকপু থনম্বা চীনা, নোংচুপ অমসুং ময়াই এশিয়াদগী লাকপা লমকোয়বশিংগা লোযননা ভারত শিনবা থুংনা, ঐহাক্লা কোয়বমই। নোংপোক এসিয়াদা, অকোয়বদা, বোরো-বুডরদা অমদি অতৈ লৈবাক কয়াদা ভাবতনা তৌখিবা থবকপু ঐহাক্লা নিংশিংই। লিরবা রাবী, লাইরিক কয়াগা মরী লৈনরবা হিমালয়দা ঐনা কোয়বমই। চীংবু ঐনা পামজক্কবা মকওইনা কশ্মীরগা মবী লৈনরুবনা মখোয়তদা ঐগী পুক্লিং লুপ্লমই। হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা পুন্সি, পাঙ্গন, ফজববু ঐহাক্লা উবগু নত্তনা পাবদা-তাবদা রাখলতনা উবা থায়নবগী ওইবা, ফজববা শক্তম কয়াবুসু ঐহাক্লা নিংশিংই। সিমনা ওইনা লৈরিবা চাওববা চীংজাওদগী ভারতকী তম তম্না চেম্বরকলিবা অচৌবা তুবেল খিবিক্লা ঐহাকপু শুম্বাৎলি লোয়ননা ঐখোয়গী তাংকক কয়াবু নিংশিংহল্লি।

ইন্দজ নত্রগা শিল্প তুরেলগী মিংদগী লৌদুনা ইণ্ডিয়া নত্রগা হিন্দুস্থান কৌখি; চহি লিশিং কয়াগী মমাংদা তুরেল অসি লান্দুনা জাত্তি কয়া, মী কাংবু কয়া, শগোল তোংবা, খোংমী লাম্মী কয়া ভারত্তা লাকখি; পরিং নাইনা চথরকপা ইতিহাসতা য়াওদ্রবসু থায়নগী ওইবা ৱারিদা মফম চাওনা লৈরবা ব্রহ্মপুত্র তুরেলনা অৱাং নোংপোক থংবা চাওরবা চীংজাওগী চীংলক খায়না, অৱাংলমদা লৈবা চীংলক্তা লৈবা লৈতেম মান্নরবা তম ফাওনা চেন্দুনা, চীং অমদি চাওরবা উমং মরক্তা চীং লেম্না, ইচেন কম্না, ভারতবর্ষরোমদা চেনশিল্লকলি; জগোই, ঈশৈ, কুমৈ, ৱারী কয়ানা য়োমশিন্দুনা যমুনা তুরেলনা চেল্লি; পুম্নমক্কী মথক্তা, ভারতকী তুরেন গঙ্গানা ইতিহাস অমদি ৱারী কয়ানা য়াকাইরকপগা লোয়ননা চেন্দুনা মশীং লাকওমদ্রবা মী লিশিং লিশিংবু মহাক্কী তোর্বান্দা চিংশিল্লি। হেক হৌফমদগী তাফম ওইরিবা সমুদ্র ফাওবদা, নিংশিংবনা লাম্না ফংদ্রবা মতমদগী ওসি ফাওবদা, ভারতকী চংনরোল অমদি চাওখৎপগী ৱারীগী তুংনফম ওইরি গঙ্গানা — ওইরি মীওইবগী থৌনা ফবগী অমদি ৱাখল চাওবা ভারতবাসিশিংগী ৱাখলগী চাকতাফম; ওইরি ৱারী, য়ৌনা চাওখৎপ্রবা অমদি লৈখা তাপ্রবা সম্রাইজ কয়াগী ; ওইরি চংজফম লছুম তানবা কয়াগী অমদি পুন্সিগী শান্তি পাম্বা মীওইশিংগী; লোয়ননা ওইরি য়ানিংদবা অমদি থাদোক্লবা মীওই কয়াগী; ওইরি ৱারী কয়া, অমুক নুংঙাইবা অমুক অৱাবা তাখিবা মীওই কয়াগী; ওইরি ঈহৌদুনা থমলম্বা শরুক, চাওখৎপ্রবা মাংতাকপ্রবা থৌদোক কয়াগী; ওইরি তুংনফম চংজফম পোকপা অমদি শিরবা মতমদা।

নিংশিংনিং ঙাই ওইরবা কুইরবা ফুরা-দলাল, মুম্বী, থায়না শারম্বা মূর্তিগী লৈহৌবা শরুক, ফক্লাংদা হকপা মূর্তি — আজন্টা, ইল্লোরা কেপ্তা, অতৈ মফম কয়াদা — অদুদা নত্তনা আগ্রা, দিল্লিদা লৈবা খরা থেংথবা যুগতা শারম্বা নিংথিজরবা ফুরা দলান কয়াবুসু ঐহাক্লা য়েংলুই — মদুদা য়াওরিবা, নুং খুদিংমক্লা ভারতকী হৌপ্রিবা মতমগী মাগী মাগী ৱারী লিরি।

ঐহাক ইশামক্লা লৈরিবা সহর এলাহাবাদ অমদি হরিদ্বারদা তীর্থ স্নান, কুম্ভমেলাগীদমক ঐহাক্লা চৎলি; মফমদুদা মী লিশিং লিশিং লাকই; চহি লিশিং কয়াদগী হৌদুনা ভারতকী মফম পুম্নমক্তগী গঙ্গাদা ইরুজবা লাক্লরি। চীনা, তীর্থ চৎপা কাংবু অমদি লমকোয়বা অতৈ কয়ানা চহি লিশিং অমা চহমগী ইদুনা থনম্লবা দৃশ্য অমদি বিবরণ অদু ঐহাক্লা নিংশিংই; হায়রিবা মেলা অসি তৌরকইবা অশুক মতিক কুইপ্রে, মাদুদি মতমদু লাকশিনবা ঙমদ্রবা কয়াগী মীশিংবু মমিং চৎলবা ভারতকী তুরেন অসিনা চিংশিল্লিবসে ঐহাক ওম্বোক্লা ঙকই; কয়াদা ঙকখ্রবা থাজবগী শক্তিনো ?

ঐহাক্লা লম কোইরুবা, য়েংলুবগী মপান্না অমদি পাবদগী ফংলকপা জ্ঞান্না হৌপ্রবা মতমগী থৌদোকপু মনুংথিংনা উবা ঙমহল্লি। জ্ঞান ঈরে লৈজদ্রবসু খরদং খংজিল্লিবা অসিবু ইনোৎলি থুক লাওবা থাগৎ ৱাহেনা; ৱাখলতনা শাজনবা ভারতকী শক্তমদা তপ্না তপ্না চংশিল্লক্লি অওইবা ওইরমাল্লে নিংহনবা ৱাখলনা; ঐখোয়গী ইপা-ইপুগী অসিগুম্লবা লমদম অসি নোকপা অমসুং কপ্পা, নুংশিনবা অমসুং অৱাবা মশক খংলবা মীশিংনা অমদি থৱাই পানবা জীব কয়ানা থন্না লৈরি; মখোয়গী মরক্তা য়াওরী আত্মাবু খংবা, ভাব তানা মুন্না খংবা মীওই কয়া। মখোয়গী মচিন তুম্লবা জ্ঞান অমদি লৌশিংগী মপান্না লেংদ্রবা অমাং-অতা লৈত্রবা চংনরোলবু ভারত্তা মরা চেংনা শেমদুনা থনম্লি; থনম্লিবা ফজরবা চংনরোল অসি চহি লিশিং কয়া চংনরক্লবনি। হৌপ্রবা মতমগী ময়েক লারবা লাই (ছবি) চাম চামগী মমি ঐহাক্কী নিংশিং মিংশেনথক্তা তাপ্রবনি। লাই অসিগা মরী লৈনবা তোঙঙান তোঙঙানবা মফম হেক উবমক্তদা লাইশিং অদু মশা মশানা ঐগী নিংশিং লাইয়ুমদগী মথং মথং মশক নাইনা চোংথোরকই। কাশী মনাক্তা লৈবা সর্নাথদা মহাক্কী ইহান হানবা ধৰ্ম্ম পাওতাক শন্দোকইবা বুদ্ধবু ঐহাক্লা হেক উবগা চহি লিশিং অনি চামঙা শুপ্রবা মহাক্লা হায়রম্বা ৱাহৈশিংবু অরাপ্পদগী লাকপা (প্রতিধ্বনি) খোম্বাংগুম তারকই। নুংনা শাবা আশোক্কী মুম্বী অমদি মদুদা ইরমইবা ময়েকশিংনা, নিংথিজরবা লোম্না, ঐঙোন্দা ৱা ঙাংলকই; নিংথৌরেল ওইজরবসু অতৈ নিংথৌ অমদি নিংথৌরেনশিংদগী হেন্না চাওবা নিপা অমগী মরমদা ঐঙোন্দা হায়রম্মী। ফাটেহপুর সিক্রিদা অকবরনা ফমলি ৱারি শারি, মরৈ য়েৎনরি পণ্ডিতশিংগা লোয়ননা ধৰ্ম্ম কয়াগী মরমদা; পুমকাও কাওথোক্তুনা মাগী সম্রাজ অপুম্বা; অনৌবা জ্ঞান ফংবদা ঙক্লা নুংঙাইবা পোক্লি; লোয়বা নাইদ্রবা মীওইবগী হীরম কয়াগী মরমদা মহৈ মহৈ খন্নরি।

অসুম্না শাংলবা ভারতকী ইতিহাসনা, অকা-অকুম, মাইপাকপা মাইথীবা শক্তম কয়াগা লোয়ননা মশামকপু তপ্না মথংশিংনা ঐঙোনদা শেংনা উহল্লি। চহি লিশিং মঙা চুপ্না লৈবাক অসিদা লান্দারক্লুনা কাং-খোং চায়বা ফাওবদা লৈবাক অসিগী প্রজাশিংদা চৎনরোল অমদি খুৎশা-হৈবগী থবক তৌরম্বা, য়োংনা চু পায়বগুম পায়দুনা অরেপ্পা লৈতনা চথবল্লি; অসিগুম্বা থাজনবসি প্রজাশিংগী মরক্তা শন্দোক্লমই; লোয়ননা মখোয় পূন্নমক থাজনবা অসিনা চেৎনা পুনশিল্লি মসি খ্বাইগা মান্নদবা ভারতকী অমতা ঙাইরবা মগুন্নি। চীনাগীসু অসিগুমনা মপা মপু হাক্তক্তগী অতৎপা লৈতনা কলা বিদ্যা, খুৎশা হৈবা লৈবল্লি। হৌখ্রবা মতমগী নিংথিজরবা পূন্নমক হৌজিক্কী মতমগী নিংবা কায়রবা নুংঙাইত্রবা মনুংদা লুপশিনখ্রে; মতম অমদা চাওরম্বা, লেন্নম্বা, খুবম চেৎলম্বা ভারত অদু হৌজিক মীনায় ওইখ্রে; ব্রিটেনগী মখা পোনখ্রে; মতম অদুদা পৃথিবী শিনবা থুংনা লান শোক্লদুনা মীওইবশিংবু শা-ঙাগুম হাৎলমই। চহি লিশিং মঙাদা ওইরম্না শক্তমনা অনৌবা আশা অমা পোকহল্লি, হৌজিক ওইরিবা অৱাবা পোৎলুম খজিক য়াংনা উই। বৃটিশনা চহি চামা মবিফু ভারত্তা পাল্লম্বসিনা ভারতকী শাংনা চথবকলবা ফজরবা ইতিহাসপু মবক থৎখ্রে; মশানা মশাগীদমক অমুগ হন্না হোৎনজবা তাই। পন্দুপ অসিগী অরোয়বা লাতমদা মদু ইরি। ঙসি ওইরিবা অকীবা ফংলবা শক্তম্না পৃথিবীদা লেংদনা লৈহৌরগনি; মসি কোকহনবা তাববদি, ইনৌ নৌনা অচায়বীদগী মশানা মশাবু শেমগৎচবা তাবনি।

# অহুমশুবা পন্দুপ

## অনিশুবা তাংকক

# জাত্তি অমসুং অপুনবা জাত্তি

ভাবতবর্ষগীদমক ঐহাক্না থবক পায়খৎলকইবসি পুক্নিংদা নুংঙাইতবা পোকপদগীনি, পনখে নাইনা হীবম কয়াদা দাবী তানবনি। তৌগদৌরিবা থবকসু লৈবাক প্রজাশিং অমদি ভারত-জাত্তিগীদমক্নি। কনাগুম্বা মীওই খবগীদি দাবী তানবা অবোইবা নায়বা শকক য়াওদে। মতম অসিদদি ভাবত্তা জাত্তি অমগী ওইনা খনবা তাবনি, হান্নসু খনলমগদবনি। মদুনা মফম মতমগা চান্নবা তৌফম থোকপা থবক্নি। মীখা থাবা লৈবাক্নীদমক্তদি জাত্তি অদুগী মনিংমখা তম্নবা হোৎনবনা অহানবা তৌফম থোকপা মকওইবা থবক্নি; ভাবতকীদমক্তদি মশানা নায়তোম তাবা অমদি থায়নদগী হৌনা মনিংতম্বনা স্বত্র ওইবনা, খন্ননিংঙাই অনি থোক্না লৈ। পৃথিবীগী অপুনবা জাত্তিগা থবকশুবা কাংবুগা ৱাইখায়নবগী মমাংদা জাত্তি অমা শেমগৎপগী থবক অসুম অসুম শিথবকই হায়না খনবদু অচুম্বা ওইদ্রে হাযনা পৃথিবী শিনবা থুংনা হন্দক থোকইবা থৌদোক্না উৎলি। প্রজানা অন্দোলন হৌনবা তকশিনবা যাবা পাঙ্গল-শক্তিশিংগী মবক্তা মসিসু অমনি; নুংঙাইবা, মান্ননা লৈমিন্ননিংবা অমসুং ময়ামগী মান্নবা আশা, পূম্নমক অমতা ওইনা পুনশিল্লি। মযাই ওইনা পানবা য়ুম্বানগী মীশিংনা মবোন নাযনা খন্দনা অসিংবা ৱাখলনা, জাত্তি অমনা তৌফম থোকপা থবক্তগী খবা খবা লাপথোক্নি; থবকশুবা কাংবুনা জাত্তিশিংগী লৈনবিবা মবীগী খুদোংচাবা লৌদুনা মদুদা তোংশিল্লগা জাত্তি অমা শেমগৎপগী মাইকৈদা চংশিল্লক্নি হাযনা ময়াই ওইনা যুম্বানবা কাংবুনা খল্লি। লান থোকলকপনা মফম পূম্নমক্তা মী পূম্নমকপু ঙা তানবগুম নেসনেল্লিজমগী ইন মনুংদা হোয়জিল্লি। নেসনেল্লিজমনা শিংথানবা য়ানা মকোক হাযগৎলকপনা, অমদি নেসনেল্লিজমবু অমুক হন্না শেমগৎলকপনা অমসুং নেসনেল্লিজমগী কান্নবা শক্কপু নৌনা খংলকপনা, অনৌবা থৌবম কয়া থোকহল্লে, হান্না লৈজবম্বা মওং মবিনবু হোংদোকহল্লে। হান্না লৈজবম্নবা চৎনবোলবু খুদক্তা থাদোকপা অমদি লাযনা লৌথোকপা ঙমগদবা নত্তে; কন্না মুক্নবকপা মতমদা চৎনলোনশিং অসিনা হায়গৎপা, মীওইবগী ৱাখলবু জয় তৌবা মশানা তাবনি; ঐখোয়না তত্তনা উবি, অসিগুম্বা চৎনবোলবু ৱাখল মুন্না খন্দুনা শিজিন্নবকপনা প্রজাশিংবু হোৎনবা অমদি মশাগী ওইজবা থাদোকপনা প্রজাশিংবু হোৎনবা অমদি মশাগী ওইজবা থাদোকপা কয়াদা পুক্নিং থৌগৎলি। হান্না লৈরমলবা চৎনবোলবু হেক ঙম্বা মখে লৌশিনগনি, মাংখ্রবসু নৌনা শেমগৎকনি, অনৌবা থৌদোক্না চান্ননবা অমদি অচুম্বা চৎনবোল কয়াবু নৌনা শেমদোক্কনি, শাগৎকনি। জাত্তি অমগী ৱাখলদি ৱাংই অমসুং চেৎলি; মসি হৌপ্রবা মতমগী পোৎসু নত্তে, অদুগা লাক্কদবা হান্না খংজিনবসু নত্তে। হৌজিকমক থোকইবা থাদোকপা হুনদোকপা য়াদ্রবা অচুম্বা মবমগা থোযনা হেন্না নকশিন্নগ্রবা মপুং ফানবা খঙ্হনবা ৱাখল কয়া মকম – জাত্তি অমগা অমগা লৈনবীবা মবীগী ৱাখল থবকশুবা কাংবুগী ৱাখল, পূম্নমক হৌজিক মকোক লিংখৎলক্লে; ঐখোযনা পৃথিবী অপূম্ববু চপমান্ননা থমনিংলবা অদুগা অমগা অমগগী খেৎনবা ৱাখলবু চাং তাহল্লবদি তোঙান তোঙানবা ৱাখলশিংবু মওং অমদা তিন্নহনবা শোয়দনা যাগনি। নেসনেল্লিজমগীদমক মীওইবগী থম্মোইদা লোযবা নাইদনা হায়জবসে খংজিনবা তাবনি, মতেং পাংবা তাবনি; তৌবতদি অসুম্না খনবা ৱাখল অসি খন্নিংঙাই লম পংচাও চাওদে।

অনৌবা ৱাখলগী ইচেলনা কন্না চেনশিল্লক্নবা অমদি ইন্টবনেসনেলগী ইবাং লৈববা লৈবাকশিংদদি নেসনেল্লিজমগী লৈজবা শক্তি অসি পূম্নমক্কী ওইনা তৌই। ভারত্তা হৌজিক খন্নবিবা ৱাখলগী ইচেনবু মসিনা কদায়ফাওবা লাকশিনবা ঙমগদৌরিবনো। করিগুম্বা মতমদা ঐখোয় মশেন হায়নবমই নেসনেল্লিজম হায়বসি ঐখোয়গী চাওখত্তবগী খুদমনি হায়না অদুগা ঐখোয়না নিংতম্নবা হোৎনবনা ঐখোয়গী পুকচেন পীকপনি হায়নসু হায়নবমই। অসুম্না হায়রম্বা কাংবুনা অসুম্না খনবগুম তৌরমই মদুদি বৃটিশ সম্রাইজ নত্রগা কমন ওয়েল্ট ওফ নেসনগী হন্থবা মমান্নবা ওইনা ঐখোয়না লৈগে হায়বা

য়াববদি অসেংবা ইন্টরনেশনেলিজম্না জয় ওইগনি। হায়রিবা মখলগী ইন্টরনেসনেলিজম অদু বৃটিশ নেসনেলিজমগী য়াম্না পীকনা শন্দোকলকপা মশা অমনি হায়বসে মখোয়না করিমতা খংদবা ওইনা উরি; সাহেব-ভাবত অনিগী অপুনবা ইতিহাসগী মরম চাবে হায়না লৌরবা ফলাফলনা মসিগী ওইবা য়াবা অদু ঐখোয়গী ব্রাখলদগী মরু ফুক্তোকত্রবদি মদুনা ঐখোয়দা অপান্বা পোকহনবা ইথিন হৌহনবা য়াবোই। অদুগী মথক্তা জাত্তি অমা ওইবা পামজববা ভাবততি ইন্টবনেশনেলিজম অমদি মদুদা য়াওবিবা অতে জাত্তি পুন্নমক্তগী হেন্না ব্রাংনা খুমাং চাওশিনগ্রবনি; মদুদগী হেন্দুনা, মশানা খবর্মখৈ মীখা পোল্লবসু পৃথিবীগী মনুংদা মশক নায়না লৈববা মনিং মখা তন্নবা জাত্তি অমদগীসু হেন্না চংশিনগ্রবনি।

# অহুমশুবা পন্দুপ

## অহুমশুবা তাংকক

# ভারতকী মপাঙ্গল অকন্নবা অমসুং অশোনবা

ভারতকী পাঙ্গলগী, শক্তিগী হৌরকফম, অমদি মাংশিনল্লকপা ফৎলক্তবা অসিগী মরমদা থিজিনলকইবসে মতম কুইরকলে, কয়া অমা য়েৎনরকলে। হন্থরকইবা অসিগী হৌজিকমক ওইরিবা মতম অসি চুম্মনখ্রবনি। খুৎ শা হৈবগী লমজেন্দা ভারত্তি শোৎথহৌরবনি, হীরম কয়াদা মতম শাংনা শোৎথহৌরবা ইউরোপ, খুৎশা হৈবগী চাওখৎ খোংথাংদা মকোক চেল্লক্লে। চাওখৎ খোংথাংবু বিজ্ঞান্না শৌগৎলি; কোঙ্গোলগুন্নবা পুন্সি অমদি পুন্সিগী মথৌনানা ঙম্লকপা থবক থৌদোক কয়াদা অমদি লম পুথোক্লবা থৌনা ফবগী খোংচত্তা মশাগী শক্তিবু ভারত মশানা উচ্চরি। নোংচুপ ইউরোপকী লৈবাকশিংদা, নৌনা পুথোকপা হৈ-শিংবনা লাম্মীদা মপাঙ্গল হাপলি। লম শন্দোকপদা, নোংপোক্তা লৈবা লৈবাকশিংবু খুদুম চনসিনবদা মখোয়দা লায়না থোকহল্লি। মসি ভারতবর্ষতগী ৱারী নত্তে এশিয়া'পুম্বগীসুনি।

অসুম্না করম্না ওইরমলিবনো হায়বসি খংবদা য়াম্না ৱানা থোকই; মরমদি মমাংঙৈদা বুদ্ধি লৌসিংদা হৈশিংবদা ভারত্তি করিমতা শোৎথরমদে।. চহি চা-কয়াসিগী মনুংদা অসুক য়ামনা ময়েং তাথরকই হায়বসি খংই। হিংনবগীদমক হোৎনবা, হোৎননিংবা পোকপা ৱাৎশিল্লক্লে শেমগৎ-শাগৎপগী পাঙ্গল ময়েং তারক্লে; মসি পুম্নমক্কী মহুৎ মতৌ তম্বনা শিল্লক্লে। মাইপাকপা, শিংনবগী ৱাখল মাংখিবনা, অঙকপা পোকহল্লে; ৱাহৈনা অফ ফত্ত য়েৎনরকপদা মপান্দা অফ শাদুনা অরানবা দোষপু উৎনা-ৱাইনা খুমজিনবগুম, খুমজিন্নবা হোৎনবদা মরম চাদনা ৱা-য়াম শীজিন্নবে ফজনা য়েকপা লাই, ফজনা সাবা মূর্তিনা লূরবা মতাংগী কাচিন কোয়া য়ৌনা কুপথ্রবা য়েকপা হকপগী শরুকপু য়ৌশিন্না উৎপনা মমি তমবা অমদি ৱাখলনা শাজিনবা শরুকপু কাওথোকহল্লি। চন্নবসু নত্রগা লুরবসু লোনগী ফজবা, চাওখৎপবু নিংথিজনা লৈতেংনবা, অর্থ য়ৌনা ফোংদোকপা ঙম্নবা সাহিত্যগী অতৈ মখলগী লাইরিক্লা মশক শেংনা তাকলি। থৌনা ফবা থবক তৌনিংবা পোকপা, লৈফম চল্লক্তবনা ৱাখলগী পোরম্সু পাকথোক চাওথোকহনবনা তান্না লৈথ্রবা লম থিদুনা খুদুম চনশিনহল্লি খুন্দাহল্লি; লোয়ননা লাপথ্রবা তামথ্রবা লৈবাক তান্না ভারতকী কলা-চৎনরম চৎনবীবু লাপ্পা পুথোকখি — পুম্নমক অসি মাংশিল্লকলে, শিথরকলে মদুগী মথক্তা পুকচেন পীক্ল কা হেন্না ধর্ম্মদা লুপশিনবনা পাখ চাওরবা ঙমখৈ নাইদ্রবা সমুদ্র ৱাংমা তান্না চৎপবু মাংই হায়না থিংনরকলে। য়েলহৌঙৈদা য়াম্না চুমলপ্না থিজিনবগী মরম চারবা মপাঙ্গল অমদি বিজ্ঞানগী চাওখৎপবু লমজিংলপ্না থিজিনবগী মরমচাবা মপাঙ্গল অদু মরমচাদবা মমাংঙৈদগী ওইবা, মফম মরাং খংদনা লাই মুর্ত্তি ইরাৎপনা মহুৎ শিনথ্রে য়েলহৌঙৈদা লৈরম্বা, কান্নবা ফংদনা অরেম্বদা হৌখিবা যুগ কয়াদা লৈরম্বা মীগী পুন্সিগুম ভারতবাসিশিংগী মপুন্সি অসি তপ্পা তন্না, চেন্দবা য়াদদুনা চেনবা ইচেনগা পানখক ওইথ্রে। হৌথ্রবা মতমগী লুন্নবা পোৎলুম্না হন্থরক্তুনা চপখায়রে; জ্ঞান তাদনা য়ামফক তাদুনা লৈথ্রে পৃথিবীগী লৈবাক অতৈনা মাং থাবা তান্নখৎলক্লবা মতমদা ভারত্তি লেংঙম শাঙমদনা, নোংম নোংমগী মনিং হৎজিন্দুনা, ৱাখল চম্মননা মশা চোকথনা তাদুনা লৈরিবসে থোয়না ঙকনিংঙাই ওইদে।

থিজিল্লিবা অসিমক মপূং ফাদ্রিবনি পুমচুম চুমদ্রিবনি। অসুম্না মতম শাংনা, হৌগৎলকপা লৈতনা য়াম্ফক তাদুনা লৈরকপনা হৌথ্রবা মতমদা থোকখিবা শরুক্কা মপুংফানা তৎনবা ওইরকপা য়াই, মদুদা নত্তনা, শিথরবা যুগ ওইদুনা মাংতাকল্লবা ফীবমদগী নৌনা অমুক হৌগৎলকপা ঙমদবসু য়ারি। খুদক্তা পৎ তক্তুনা অমুক হান্নগুম ওইরকপা য়াবগী ফীবম নত্রি; ওৎলিবসি চান্ননা মতম শাংলক্লবনি। মতম মতুং ইন্না নৌনা য়েন্নিং হুন্নবা অফবা মতম লাকপা মহৌশানি; অসুম্না লাকপা অফবা মতম অসি শক-চু থোক্লা কুইগল্লি। খংজিন্না হোৎনবা, অনৌবা কয়া পুথোক্লবা লাক্লবা, অরিবগা অনৌবগা পুনশিন্নবা হোৎনবা হায়বদি লেংদনা কায়দ-তেক্তনা থমজিনবদা মতিক চায় হায়না খনবা অরিবা পোৎপু খুদম মখল অমা

ওইনা থমজিন্দুনা অনৌবা খোংচত্তা তিন্নশিন্নবা হোৎনবা অসি পূম্নমক অসি মতম পুম্বদা খ্বাইনা উনরবা ওাকনি। খুদম ওইনা অরিবা কুয়োম্না মপান থং, অনৌ অনৌবনা 'য়াইদা চনবসু তত্তনা থোক্তবা নত্তে। মচি ওইবা শরুক্লা, হিংদুনা লৈবগা, খুৎশম্নুনা চৎমিন্নরি, ব্রাখলগী ইথিন্না মফম খংদবা মাইকৈদা মীওইববু হোয়ডিল্লি, অরিবা অমসুং অনৌবা তোঙঙান তোঙঙানবা অনিবু পুনশিন্নবা লাক্করি। অসিগুম্বা ব্রাখলগী ইথিন অমসুং পুক্লিংগী অপাম্বনা, মাংদা থাদুনা য়েংল য়েংলগা মদু অবিববু অনৌবা শরুক পুথোক্লবা লাক্করি, লেপ্পা লৈতনা অরিববু অনৌবা শরুক পুথোক্লবা লাক্করি, লেপ্পা লৈতনা। ভারতবাসীশিংনা চহি কয়া চুপ্পা মং মংলম্বগুম্না, নিংথিজনা, মশেক মঙাননা লৈতেংবা অসিগুম্বা পোৎ নত্রগা তৃম্বদা অব্রাবা মং মংদুনা চোইরোন লোনবা পোৎ কুম্বা লৈরম্ব্রা হায়বা ঐহাক খংদে। মীওইবা খুদিংগী জাত্তি খুদিংগী অসিগুম্বা থাজবা নত্রগা মখোয় মখোয়গী হৌখ্রবা ব্রারী লাই-তিনবু থাজবা লৈ; মসি খর মখেদি চুমই। ভারতবাসী অমা ওইনা অসিগুম্বা অচুম্বা অমদি ভারতবর্ষগী হৌখ্রবা ব্রারী কয়ানা ঐহাক ইশামকপুসু থাজহল্লি। য়েখায়বা লৈতনা মীরোন চামা চামবু মওং অমা তান্নবা শেমবা ঙম্বা শক্তি লৈবা শরুক অদু ঐহাকসু ঐগী পুক্লিংদা ফাওই, চেৎনা লুনা লৈরবা মপাঙ্গলদগী উইরবা কান্নরবা শরুকপু ঐহাক্লা লৌথোকই; অদুগুম্বা শরুক অদু চহি চহি খুদিংগী নৌথোকহন্নবা পাঙ্গল অদু ঐহাক্কীসু লৈ।

অসিগুম্বা পাঙ্গলগী তুংনফম অসি মহৌশা লৈরম্ব্রা ? লৈরম্লবদি, মাদু কংশিনগ্রবা নত্রগা মদুবু তেকখৎহন্দুনা চোংলকপা ময়োন অদু মাংগ্রব্রা ? ঙসি তৌরিবা অসিনা কবিনো ? ঐখোয়না ইশাবু তেকখৎহনবা য়াবা অমসুং পাঙ্গল কলহঞ্জবা য়াবা ময়োন অদু হৌজিকসু য়েন্নিংহল্লিব্রা ? ঐখোয়দি মতম কুইরবা জাত্তিনি অমদি জাত্তি কয়ামরুম্না মথোং খংদনা তিনশিনগ্রবনি, ইতিহাসনা হেক হৌবকপদগী ঐখোয় জাত্তিগী নিংসিংবা হৌরক্লবনি। মীওইবগী লাইবক ফবা মতমদু ঐখোয়গী হৌখ্রবা, ঐখোয়না লৈরিবা মতমসি, নুমিৎ চাইথগ্রদুনা নুংথিন মাকমৈ ওইগ্রব্রা, অহন মতম ওইদুনা মঙম শামলব্রা, য়াম্ফক তাবগুম তাদুনা লৈববা হায়বদুরা, কান্নবা শরুক য়াওদনা, তৌনিংবা থবক তৌবা ঙমদদুনা পুক্লিংগী আশা লৈত্রবা (য়াওদ্রব্রা), পূম্নমক্কী মথক্তা অশিবগী খয়াত্তা তাদুনা পৃন্সি তুংখুন হুল্লবা হায়বদুরা ?

মীওইবা অমদি মীওইবা জাত্তি কনাসু অহোংবা লৈতনা, লৈরিবা ফীবমদা লেপ্তুনা লৈবা নত্তে। লেপ্পা লৈতনা মীওইবনা অমগা অমগা পূনশিন্দুনা তপ্পা তপ্পা অহোংবা অমা তত্তনা পুবকলি। মখোয়না শিগদবগুম তৌরম্বদগী অমুক হন্না হিংগৎলকপগুম, অহন ওইবা শক্লোনগী ওন্ন তৈনবদা তত্তনা নহা ওইবগুম, মীওইবগী শক্লোন লেপ্পা লৈতনা হোংলি। অহন ওইববা মীওইগা শক্লোন হোংলবা মীওইগা অনি অসি ওম্ভোক্লা লাপ্রম্রে, পল্লেপফম নায়দনা খনবা ব্রাখলগা পোফম তাববা, ফীদম্ফম ওইরবা ব্রাখলগা অনিগী মকওইবা লৈনরিবা মরী অদুনা মখোয়বুদি মরী লৈনহল্লি।

শিথরকলবা নত্রগা খংহৌদনা লোয়শিল্লবা, মতম শাংনা মওং অমা তানা নিংথিনা শেমগৎখ্রবা সভ্যতাবু, অনৌবা অকনবা জাত্তিগী চাওখৎ খোংচৎনা মহুৎশিনখিবগী মশিং লাকঙমদ্রবা খুদম ইতিহাসতা য়াওরি। অহন মতম ওইরবা মীওইবনা নহাগী মতৌ তমদুনা শান্নগে হোৎনবদা অরেম্বা তাবগুম, মীওইবদা অমদি মীওইবা জাত্তিদা মথব্রাই হাপলিবা, মদু য়াওদনা হোৎনবা পুম্বা কাংখথাং তাহল্লি, মরুওইবা পাঙ্গল অমদি মনুংদা খংদনা থুপ্পা লৈবিবা পাঙ্গলগী হৌবকফম মরু অদু মসিরা ?

পৃথিবীদা ঙসি লৈরিবা মীশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা পাঙ্গল শক্তি অসি লৈবাক অহুমগী মীশিংদা লৈবা উই — অমেরিকা রুশিয়া অমসুং চীনাগী মীশিং; অসি ওইগ্রিবসি অঙকপনি ! অমেরিকা হায়রা, পৃথিবীগী অতৈ মফমগুম, থায়নদগী লেংদবা অচুম্বা অরিবা মরীমখোং লৈরকপগী মহুত্তা অনৌবা মীওই কয়ানা পুনশিনখিবনি; নত্তে হায়না, হায়নিংঙাই করিসু লৈতে। কানাডাদা লৈরিবা, অষ্ট্রেলিয়া অমসুং নিউ-জিলণ্ডদা লৈরিবা মীশিংসু অদুমঙাই; পূম্নমক অসি, পৃথিবীগী হান্নদগী লৈরকপা অরিবা জাত্তিনা মুক্তনা লৈদুনা চাওখৎ খোংথাং থাংজিল্লকপা, কনামতা য়াওদে; মখোয়সি অনৌবা মীওই কয়ানা পুনশিলক্তুনা শেমগৎলকপা জাত্তি ওাক্লি।

রুশিয়াদা লৈবা মীওইশিংদি অনৌবা, নৌনা খুন্দারকপা নত্তে; অদুম্নদি ওইরগা হান্না লৈরম্বা অরিবা মীরোনশিংগী চৎনলোন্নচিংবা ওক্লা মুৎগ্রবা ওাক্লি; হৌজিক লৈরিবশিং অসি হান্নগী মচা-মশুমক ওইরবসু ইনৌ নৌনা পুমতোন

তোঙগুনগ্রবনি; মসি করম্না ওইখিবনো; হায়বসি অসিগা মান্নবা করিগুম্বা খুদম অমত্তা অতে জাত্তিগা ইতিহাসতা য়াওদে। অগুকপগী মশক ফংলবা শক্তি অমদি কান্নগদবা শরুক্তা মখোয়বু পাঙ্গল কনবা ইনবংলকইবা নহামচা অমগুম ওইহনখিবনি; মসি ওহ্মোক্রা গুকই। থাঙ্গনা লৈরম্না মখোয়গী মরী মখোং অদু খুদুং লিবা থিগৎপা লাক্লরি অদুগা মখোয়না তৌথোরক্কপা থবক্কী য়েংলুরবদি মখোয়সি, অনৌবা, নৌনা খুন্দারক্লবা মী, জাত্তি অমদি অনৌবা, ইনৌ নৌবা সভ্যতা পুরকপা মীওই মাল্লি।

চুম্না মরম চানা শীজিন্ননবা হোৎনরবদি অদুগা মীওইবশিংগী মরক্তা মশাদা খংদনা উদনা লৈরিবা মপাঙ্গলবু শক্তিবু অমদি হেনগৎলকপা চাওখৎলকপা য়াবা শরুকপু চপ চানা খগুলবদি মী অমনা জাত্তি অমনা মশাবু কলহম্নবা নহা ওইহন্নবা করম্না ঙমবগে হায়বসি রুশিয়াগী খুদম্না ময়েক শেংনা উৎলি। অকীবা নুংশা থীবনা থল্লবা, লান অসিগী ফলনা অতে মীওইসিংবু অমুক হন্না নহা ওইহনবা ঙম্বা য়াই; মদুদগীসু হেন্দুনা মৈনা চাকথেক্তুনা তাঙ্গোই ওন্দুনা তাগ্রবশিংবু অমুক হিংগৎহনবা য়াই।

পুন্নমক অসিদগী চীনানা ইতোপ তোপ্পা লৈ। মখোইদি ইনৌ নৌনা শেম্বা, শেম্বা নৌরিবা জাত্তিসু নত্তে, রুশিয়াদা থোকখিবগুম, হৌবদগী লোয়বা ফাওবা, মচাদগী অচৌবা ফাওবা, হোংদোক হোংজিন তৌবগী অব্বাবা নুংশাথীবা পোকখিবা অদুগুম্বমকসু লৈতে। চহি তরেৎ শোক্রবা তমথীরবা লাঞ্জাওনা মখোয়বু ওহ্মোকপা য়াবা ফীবম তানা ওহ্মোকখি। অসুম্না পুবকখিবা অহোংবা অসি লাঞ্জাও অদুমক্তা মরম ওইদুনা থোকহনখ্রিবা, নত্রগা তৎন-থানবা য়াদবা মরী লৈবনরা নত্রগা অনিমক পূন্না ওইব্রা হায়বা ঐহাক খংদে; অদুবু চীনাদা লৈবা মীশিংগী মপাঙ্গল মথৌনানা ঐহাকপু গুকহল্লি। মশক-মশা খংদবা, শক্তি লৈরবা, খংবা ঙমদনা লৈরোন চন্দুনা লৈব্রবা, শক্তিগী গুণ লৈরবা, মীশিংবু ঐহাক্তা ভাবনা লাম্বা ঙমদে।

চীনাদা লৈবা মীশিংদা লৈরিবা অসিমক করিগুম্বদা ভারত্তা লৈবা মীশিংদা উবা ফংই; অদুম্নদি ওইরগা মশক নাইনা হেক উবদি ঐঙোন্দা ব্রানা থোকই। ঐগী আশানা ঐগী ব্রাখলবু লান্না লমজিংলমই। তৌইগুম্বসুং ভারতবাসীশিংগী মরক্তা কোয়না চৎপদা, অয়াম্বা মতমদা, মসি ঐহাক্তা থিরম্মী। অসিগুম্বা গুণ সি ভারতবাসীশিংগী লৈরম্নবদি ওহ্মোক্রা ফরমগনি, অমদি কান্নরমগনি। গুণ অসি মপুং ফানা লৈরমদ্রবদি রাজনিতি-লমদা ঐখোয়না হোৎনজবা, লাও-খোংইবা পুন্নমক অসি নমদুনা থাজবা পোকহনবা ওইনা থোক্লমগনি; অদুগী মথক্তা মনুং চংশিন্না ঐখোয়বু পুশিললম্লোইদবনি। ভারত্তা লৈরিবা ভারতবাসীনা মমাংঙৈগী মতমদা লৈরম্না ফীবম নত্রগা মদুদগী থরমখৈ ফগৎপা ফীবমদা লৈজবা ঙম্নবা, রাজনিতিগী থৌশিন শীনবা ঐহাক্তা পাল্লমদে। ফুদোকপা ঙমদবা মখোয়গী মগুণ, শক্তি মশাগী লোৎশিন্দুনা লৈজে হায়বা ঐহাক খংই; মখোয় পূম্বা নহা ওইনা পাঙ্গল অমুক কনখৎনবা হায়রিবা গুণ-শক্তিশিং অসি ঐহাক্তা পুথোক্তুনা পীনিংই। হৌজিক ওইরিবা ফীবমদা ভারত মশামক, পৃথিবীগী মমাল্লবশিংগা মীমান্ননা লেপচবা ঙমদ্রবনি। মদু মশানা খংজরম্বসু য়াই, খংলমদবসু য়াই। ময়াই ওইবা ফীবমনা ঐহাকপু শুক্কৎপা ওল্লমদে, মদুমক তাবা ঙমগনি হায়বা ফাওবা ঐহাক খন্দে।

ভারত-নিংতম্নবগীদমক ঐখোয়না বৃটিশ সরকারগা চহি চামা চুপ্পা খৎনরকপনা শরুক মরি থোকপগী শরুক অমা হৌব্রবা তুংদা, ঐগী অমদি অতে মী কয়াগী মপুক্লিংদা ভারতপু অমুক হন্না পাঙ্গল কনখৎহন্নিংলমই। ঐখোয়না খংই, ঐখোয় ইশা-ইশানা খুৎ-থোক্লবতদা, অব্বা-অনা মাইরোং য়ারবতদা, ঐখোয় ইশাবু বলিদান তৌরবতদা, ইশা-ইশানা চোংথোক্তুনা খুদোংথীবা, সোয়গদবা পূম্না মাইরোং য়ারবতদা, ঐখোয়না ফত্তে লাল্লি খংলবা পোত্তা য়ানিংদবা উৎলবতদা — মতম শাংনা তুংখুন হন্না তুমদুনা লৈরক্লবা ভারতপু হৌদোকপা ঙমগনি, ভারত্তা অনৌবা পাঙ্গল শক্তি হাপ্পা ঙমগনি। লেপ্পা লৈতনা বৃটিশ সরকারগা খুৎ থোক্লরবসু ঐখোয়না ভারতবাসীশিংবু কাওথোকপা ঙমদে। ভারতবাসীবু শেমগৎ শাগৎপগী নিয়মু রাজনিতিগী খুদোংচবনা তত্তনা শৌগৎলি। লৈবাক শাসনগী য়েংলুরবদি রাজনিতিদা য়াম্না হৈ-শিংবা ওইনা ঐখোয়না তত্তনা থবক পায়খৎতবা তারম্মী; রাজনিতিগী পীক্লবা মরিন তুংইম্না চৎপা তাবনি; ঐখোয়না অসুম্না তৌবসিদা, ভারত্তা অমদি মপান্দা লৈবা অফ-ফত্ত, অচুম-অরান কুপ্পা য়েংবা মীওইশিংগা য়াম্নবা পুরক্লবা থোকপা যৌদোক খুদিংদা য়ানিংবা উত্তবা অদুদা গুক্তা মখোয়গী অগুকপদু ফোংদোক্লমই। ঐখোয় অসি পংই-পংদে হায়বসি, তুংদা লাকলিবা ইতিহাস ইবা কাংবুনা লেপ্লসনু। ঐখোয়দি আশা চাওই; তুংদা থোক্লগদববু য়াম্না লাপ্পা য়েংই। খুদোং চাবা তাম্বুবা রাজনিতি দলশিংনা

মশা মশাগী কান্নগদবা ওইজবা থিদুনা ঐখোয়বু পংই হায়রম্বা যাই; অদুবু ঐখোয়গী অথোইবা তৌফম থোকপা অদুবুদি ঐখোয়না মতম চুপ্পদা কাওবা য়াদে; ভারত অপুম্বসি রাখলদা, রাজনিতিদা, চপ মান্নবা থাক থাক্তা থম্লবা হোৎনবনা ঐখোয়গী পল্লেপফমনি। তুংদা লাক্লিবা খুৎপুনা শোয়দনা ঐখোয়গী তুং ইল্লকনি, খুদুং লিবক্কনি হায়বা ঐখোয়না খরমখৈ খংলিবা অসিমক ভারতবাসীশিংগী মাংগ্রবা ময়েক শেংলবা শক্তি পাঙ্গল, মগুণবু শেমগৎ-শাগৎপনি। অদুগা, নাপলনা মকোক হাইগৎলবা, মীরৈবাক্কী অশুম্বাশিংনা হায়বিবমখৈ য়াম্লা কীনা য়ানা চৎপা, তুক্কচবা ফংনা কা-হেন্না ব্যবহাব তৌবা, মীবোন কয়া'মদি ঐখোয়না তাম্ব্বোকপা তাই।

# অহুমশুবা পন্দুপ

## মরিশুবা তাংকক

# ভারতবর্ষগী খুদুং লীবা

লাইরিক লাইশু, অরিবা ফুরা দলান, মমাংঙৈদা চৎনরম্বা চৎনলোন কয়ানা ভারতপু শকখংবদা; ভারত করম্বা মখলগী লৈবাক্লো খংবদা তেংবাংই; অদুবু ঐহাক্না খংনিংবা পাওখুম পীদুনা ঐহাকপু হায়রিবশিং অসিনা পেলহনবা ঙমদে। হায়রিবা মচাকশিং অসিনা পীবা ঙমগদবসু লৈতে; মরমদি মখোয়না হৌখিবা চহি কয়াগী মরমতমক পী অদুগা ঐহাক্না পামইবনা হৌখিবগা হৌজিক্কা অনিগী লৈনরিবা মরীনি। ঐঙোন্দা অদুগা ঐগুম্বা মী কয়াদদি মধ্যযুগকী মচাক কয়ানা চাং নাইদনা পুনশিন্দুনা বর্ত্তমানগী মওং তাহনবা ওইনা তৌই; মদুনা অৱা-অনা, লৈত-লাইরা থোকহনবতা নত্তনা, ময়াই ওইবা যুম্বানগী মীওইশিংগীদি মপাম্বোংদা মতমগী চৎনবী হৌজিকালগী শক্তম খজিক চংবগুম তৌই। ঐগীগা মান্নবা যুম্বান অমদি ঐহাক ইশামক্কী যুম্বাল-কৈবানবু ঐহাক্না ফরে হায়বা ঙমদে; অদুবু ভারতনা মুক্তি ফংনবা লাঞ্জংদা মাং থানবা ঐহাক্না হোৎনৈ হায়বা মখেদি অচুম্বনি। অদুগা ময়াই ওইনা যুম্বালগী মীওইশিংদি শারংদা, শম্বল মনুংদা কোয়শিন্দুনা লৈগ্রে; মখোয়তমক চাওখৎচবা নুংঙাইজবা পামই। বৃটিস সরকারগী (অফা-অপুন্নবা) শাসন মখাদা, নিংতম্না চাওখৎ খোথাং থাংবা ঙম্মদবনা; মখোয়গী শাসনগী মায়োক্তা লালহৌনিংবগী ইথিন অমা মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা ফাওরক্লে। অদুবু অৱাবদি ঐখোয়বু শুমদুনা ঐখোয়বু তকখায়রিবা শক্তিগী মায়োক্তা লালহৌনিংবগী ইথিন অসিমক ফাওরকপদি নত্তে। বৃটিশপু তাম্বোক্লগা মখোয়গী শাসনবুদি থম্বা, খুদুম চনশিন্দুনা শীজিন্নবা পাম্লি। মৱা ফুক্তোকুনা হুন্দোকখিনবা মুক্লফম থোকপা শরুক অসিমক ময়াই ওইবা যুম্বানগী মীওইশিংনা কোনশিন্দুনা থম্লিংলি।

অনৌবা ইহৈ লাক্লে, মদুনা ঐখোয়বু হোইদুনা পুরী, খুঙ্গংদা লৈবা খুঞ্জাগী মফম তান্না; অহানবমক্তদা হৌগৎলকইবা নহারোলগী মিৎয়েংদা অনৌবা তোপ-তোপ্পা ভারত অমা থোরক্কদবগুম উনরমই; মখোয়না মতমদুগী ভারতপু লৈরি হায়বা ফাওবা কাওনরমই অমদি মতমদুগী ভারতগী কান্নবা খজিক ফংগনি হায়বা ফাওবা তাজরমদে। কা-হেন্না লিকশিনবা, পায়খৎকদবা থবক্লা চাওমনখিবতা নত্তনা পায়খৎকম থোকপা থৌরমগী মরমদা মমুৎ তানা খন্নরবা ৱাফম, লোয়ননা, মদুগী কান্নবা পুম্নমক থোক-থাক মথক-মখা ওম্বোক্লকপনা য়েংবদা মিৎ নাহল্লমই। মরমদুনা, ঐখোয়গী ইথৌদাং ওইনা, ভারতপু থীজিনবা তায়, লৈরম লৈরম্বা ফীবম খংজনবা তায়; মদুতদা ঐখোয়না চিংনরম্বা কোক্কনি; খংনিংবা শরুক খংবা ঙমগনি। থবক্কী মহৈদি, জ্ঞান অমদি ওইরম ওইরম্বা থবক্কী নাওং মতুংইন্না খেৎনৈ। কনা কনাগুম্বা মীওই খরদি খুঙ্গংগী খুঞ্জাসিংগা হান্ননা শক খংনবনা নৌহৌননা খংনরুবগী দরকার ওইদে। ঐঙোন্দদি মসি অনৌবা খোংচৎনি; খুঙ্গংগী খুঞ্জাগী, প্রজা কয়াগী মরমদা খল্লুবদা ৱাখল নুংবংই; ৱাদবা ঙমদে; মদুমক্লা ঐহাকপু শুক্কৎলবসু; মদুবু ময়েক শেংনা ফোংদোকপা ঙম্বা শক্তি ঐঙোন্দা লৈতে। লৈজরম্বা জ্ঞান খরদুসু পুম্মাং মাংগ্রে, ময়াই ওইবা যুম্বানগী মরমদা খল্লুবদা।

ময়ামগী ওইবা ৱাখলবু ফীদম্ফম ওইনা ঐনা লৌদে; পংখন্দ খনবা মীয়ামগী ৱাখলবু ঐহাক ঙমইবা-মখে থাদোক্লবা লাক্লে। মশীং য়ামজরবসু, জাত্তি কয়ামরুম থোক্লবসু ভারতবাসিশিংবু অমতা ওইনা ঐনা লৌই; গান্নদবা কাংলুপ কয়া থোক্লবসু কাংলুপ অমতা ওইনা ঐহাক্না খল্লি। মখোয়দগী আসা তৌনিংঙাই করিসু লৈতে; অদুনা মদুনা ঐহাকপু নিংবা কায়হনবা য়ারোই। ঐহাক্না খল্লম্বদগী হেন্না কান্নবা ফংবা ঐহাক্না। লেংদ্রবা, মপাঙ্গল কল্লবা শক্তি অমদি মখোয়গী লৈজরি; মদুনা ঐগী থম্মোইদা থুক লাওহল্লি, মদু পীক্লবসু চাওরবসু হান্নদগী লৈরক্লবা ভারতকী কলচর, ট্রেডিসন্নি। মসি চহি ২০০ রোমগী মমাংদগী লৈজরক্লবা চাওখৎ খোংথাংগী মমিনি। অসিগুম্নবা মতম পুম্বদা লেংদনা কান্নবা ওইনা লৈরগদবা অসি ফাওবা কাংখথাং অমদি চন্নদবা ওইনা তাদুনা লৈরি কনানা খংবীদনা।

চহি কুনলোম শুরকপদা ঐহাক্লা নোম্লকইবসে ঐনা লৈরিবা ঐগী প্রদেশ মনুংদতনি; আগ্রা অমসুং ওহড্কী ইউনাইটেট প্রোভিন্সকী মনুংচনবা ডিষ্ট্রিক নিফু নিপালগী মনুং চনবা সহর খুঙ্গং শিনবা থুংনতনি ঐহাক্লা চংলিবসে; মফম অসি হিন্দুস্থানগী ময়াই থোকপা মফম্নি, থায়নগী অমদি মধ্য যুগগী সভ্যতাগী মফমনি, জাত্তি কয়া লোয়ননা কলচর কয়া হৌরবা লোইশিনখ্রবা মফম নি, ১৮৫৭ তা সিফাই লালহৌরকপগী হৌরকফম মফমনি লোয়ননা উৎসর্ন শানা ওৎখ্রাইখ্রবা জগানি। অবাং নোংচুপ লমদমদা লৈবা মশা মউ করবা জাট-জাত্তি, মরিন মথৌনা ফরবা, থৌনা ফব-নিংতম্বগী মিৎয়েংনা য়েক্রবগী পাঙ্গল শোম্বহনবা ওস্বা, মরি লৈনা চাওখৎলবা, ভারত মাতাগী তোপ তোপ্পা মগুণ লৈরবা জাট জাত্তি; মুসলমান ধর্ম্ম চৎলবসু মপা মপু অমদি জাত্তি (হান্না ওইরম্বা) ব্রাখন্দা চাওথোকচরবা রাজপুট লৌমী অমদি রাজপুট - জমিদারী মচা কয়া; হিন্দু-মুসলমান জাত্তা পোকপা হে শিংলবা মরৌশিং মবৃদ্ধি লৈরবা কলাকার; ময়ুমতদা কম্না থবক শুজবা কাংবু; ওহড্‌তা অমদি নোংপোক হারমদা লৈবা, লায়রবা অমদি ওৎপী নৈবীবনা মীরোন কয়া'মা চুপ্পা লাক্লবীরবা নৈহৎপীরবা, অফবা মবাইবক অনৌবা য়াওনগা লোয়ননা অমুক্তং লাকখিগনি হায়না আশা তৌদুনা মথৌনা ফনা হনবা নায়দনা, থাজবগা লোয়ননা, খাংদুনা মরাইবক ফবগী মতম ঙায়দুনা লৈরিবা লায়রবা লৌমী-শিগ্মী কয়াগা শকখং মাইখংনবা হৌরক্লে।

ইশাগী চহি কুম্না শুরকপদা, জেলদগী হেক হেক থোবকপা পুন্সিগী অহাংবা মতম মতমদা, মরুওইনা ১৯৩৬-৩৭ কী মীখনগীদমক প্রচার তৌবা চৎপা মতমদা খুঙ্গং সহব খাযদনা ভাবতবর্ষগী অয়াম্বা মফমদা ঐহাক্লা কোয়চৎ চৎলমই। অমুক্তং য়ৌকবা ঙমদ্রবা, য়ৌগে নিংনা য়ৌবা ঙমদবনা পুক্লিংদা নিংঙমদবা অব্রাবা পোকহল্লবা, (বাঙ্গালাদেশকী) বেঙ্গোলগী খুঙ্গং নত্তনা ভাবতকী প্রদেশ খুদিংগী খুঙ্গং পূম্নমক শিৎ-শিৎনা চং চংদুনা ঐহাক্লা কোয়রমই। চৎলুবা মাইকৈ মাইকৈদা ঐহাক্লা ঙালস্মী, বাজনিতি ধর্ম্মনিতিগী মরমদা অমদি মতমগী ওইবা বাজনিতি অমদি মীখলগী মবমদা। লাকলিবা মতম অমদি মীখলগী ব্রাখল তুংওইরকলে; ময়েক শেংলবা তোপ-তোপ্পা ব্রাখলগী কল্লবা ইথিন অমা ব্রাখলগী কাচিন অমদা চংলক্কুনা খুদক্তা ঐগী ব্রাখল পুম্বা খুদুম চনশিনখ্রে। তোপ-তোপ্পা থিংবা ঙমদ্রবা, অপাম্বা নুংঙাইবা ইহৌ পোকহনবা ব্রাখলগী ইবেন্দা ইশাপুম্বা তাওশিনখ্রে; পুথোক্লিংবা খংনিংবগী অচৌবা খোংচৎ অমা হৌনিংলে; ভাবতকী পাক-চাওববা লমদম, ভাবতকী ভাবতবাসী পূম্নমক্লা ইমাংদা মিৎয়েং ব্রাংমা লান্না শন্দোক্তুনা লৈখ্রে। শিংথাবা ঙমদ্রবা শুব্ধাৎনবগী শক্তি অমদি মখল মথেন কয়াগী মতিক-মগুণগা লোয়ননা ভাবতনা লেপ্পা লৈতনা অসুম অসুম চাওথোক্লক্লে; শক্তম অদু উর উবগা, য়েংল য়েংলগা মহাক্লা উৎলিবা শক্লোনশিংদুনা কবি হায়রিবা, করম্বা অপাম্বা ফোংদোকইবা, করি তৌহন্নিংইবা, ঐহাক লাকশিনবা ঙন্নক্লে; খংনবা হোৎনবদা অব্রাবা অমা ওইরে; ঐদি লায়রদুনা কনাগুম্বা মীওই অমনা মদু লাকশিনবা ঙমগনি উবক্লে। শুব্ধক্তুনা ঐহাকপু লান্না লমজিংগে তৌরিবসে মহাক্কী পাক-চাওববা লৈমাইনসু নত্তে, নত্তে মহাক্কী অব্রাবা খুদোংথীবনা; ঐহাক্লা তত্তনা উরবা, লাম্বদি ফংবা ঙমদ্রবা, উকবা শক্তম্না খোয়রাংহনবনা ঐবু তত্তনা অব্রাবা তাহনবা, মহাক্কী থম্মোইনুংদা হকচিন্না লৈরি করিনো অমা, ঐহাক্লা লাম্বা-ফংবদা ব্রানা থোক্লবা থায়নগী ওইবা খুৎই – ময়েক অমগী মথক্তা হন্না হন্না ময়েক কয়ামরাম ইশিনবা, ইরিবা ময়েক মরোন মরোন অদুনা মৃত্তবনা মরোন নায়না মথক মতক্তা ইরিবা ব্রাহে পরেং পরেংগী অর্থনা চনৈনবনা করি হায়রিবনো লাকশিনবদা অব্রাবা ওইহনবা, খজিক খজিক মপুং মরৈ ফাদনা খংহনবনা তত্তনা পানিংবা পোকহনবা, পুক্লিংদা নুংঙাইবসু পোকহনবা, উনা উনা লাম্বা ফংদবনা করিনো তংতাবা খংঙদবা – অদুগুম্বা থায়নগী খুৎই নমইগা (নম্না নম্না ইবগা) মহাক্লা পাংখক ওইখ্রে। ঐখোয়না খংবদা ব্রারবা, খনবদা উবদা অমুক জ্ঞান তাবগুমসু তৌবা তারব্রা হায়বসু তাদবা শক্তম অসি. অতৈ অমা নত্তে ভারতকী ঙক্লবা, তোঙান তোঙানবা শক্লোন পুরবা শক্তম নত্তনা। অমুকসু করেম্নবা অমুকসু নুংশিবা মোমোন নোকপা সপ্লীন্ট (মী মকোক পানবা মশানা শা ওইবা ইজিপ্তা লৈবা শক্তম) মানবা মাইথোংঙাক শিনবা থুংনা উরকলে, ভারতকী মফম পুম্বদা কাচিন-কোয়া শিনবা থুংনা। তোঙান তোঙানবা লৈঙাক চৈরাক্লা তত্তনা ব্রাহল্লবসু লায়বক থীরবসু ঐখোয়না, ঐখোয় ইরক্তা কাংলুপ কয়া থোক্লা খায়রবসু, অব্রা-অনং কোঙ্গায় নংলবসু, অমুকসু উরি অমতা ওইনা ভারতমচা পূম্নমক, নত্তে, চহি কয়া যুগ কয়া অমতা ওইনা পুনশিন্দুনা পুকচেন খোয়জেন তিন্নরনা লৈমিম্নবা উরি। অদুবু ভারতকী একতা অসি, জ্ঞান লৈবা লৌশিং শিংবা

মখলগী ওইনা ঐনা উবা ঙমদে; ঐহাক্না য়েংবদা ইয়াংথক্তা লৈবা ওইনা উই। মসিনা স্তান তানবা কান্নবা খংনা পুনশিনবা ওইরম্নবদি তোঙান তোঙানবা রাজনিতি কাংলুপশ্না, খুদোংথীবা অৱা অনং কয়ানা মসিবু খুদুম চনবা থুগায়বা ওন্নম্মোইদবনি।

ভাবত অমদি অতৈ লৈবাক অমবু লাইরৈবাক মখল অমনি হায়না খনবদি তশেংনমক ওইথোক্তবনি। ঐহাক্তি মদু খন্দে। ভারত্তা লৈবা মীশিংগী মরক্তা অমগা অমগা মান্নদবা, কাংলুপ কয়ামরুম থোক্লা খায়দোকপা, মখল কয়া থোক্লা খায়বা, জাৎ, ধর্ম্ম তোঙান তোঙানবা, চাওখৎপগী তোঙান তোঙানবা মতাং পুম্নমক ঐসু নিংথিনা খংই। মতম শাংনা মতম অমদা চাওখৎখিবগী মমি তাববা লৈবাক, মী পুম্বগী মিৎয়েংদা থাক ৱাংনা লৈবা লৈবাক, অসিগুম্বা লৈবাক্লা লৈবাক্তুদা পোকপা হৌগৎলকইবা অঙাংশিংদা তোপ-তোপ্পা গুণ, লিংজেন, মথৌনা হাপকৎপদি মহৌশানি। অসিগুম্বা অঙাংশিংদা মখোয় মশেন খেৎনবনা করিমতা নাচুংহন্দে। থায়নগী ওইবা চৎনবী তুংওইনরবা কম্যুনিষ্ট নত্রগা থায়নগী চৎনবী পামজবা চীনা-অফিসাব উন্নবদা, অসিগুম্বা ৱাখলগী লিংজেনগী ইহৌ চীনাদা উদবা কনা লৈবগে ? ইরৈবাক্কী, ইজাত্তিগী মরম খংজিন্নবা তানশিনবদা অমদি তানশিনবগী থবক অমদি ৱাখল পাংথোকপদা ভারত মাতানা ওম্থোকপা পাঙ্গল অমা হাপই মদু অতৈগী মফমদা ঙক্লা থোক্রবসু ঐঙোন্দদি ওম্থোক্লা ঙক্লা থোকই। কান্নদবদা নুংঙাইথোক্তুনা ঐখোয়না অমিয়া কারবসু বাজনিতি অমসুং মীখল অনিসে হৌজিক হৌজিকমক থানবা য়াদ্রবা, তৌদবা য়াদ্রবা থবক্লি। তুংদা ওইবরূদবা ভাবতকীদমক কল্লবা, চাওববা, ফজববা, চেকশিল্লবা দলান অমা শাবা তাববদি মাদুগী পায়া (য়ুম্ফম হৌফমদু) অদু য়াম্না লুনা তৌহৌবা তাবনি।

# অহুমগুবা পন্দুপ

## মঙাশুবা তাংকক

## ভারত মাতা

অতৎ অখম লৈতনা মীতিন অমদগী মীতিন অমা য়াওরুন্নবা ঐহাক্না কোয়না চৎপদা, তিল্লমইবা ভাবকলিংগী মফমদা ঐহাক্না ঙাংলম্মী, ঐখোয়গী ভারতবর্ষগী মরমদা, হিন্দুষ্টান, ভাবত, অমদি মমাংঙৈগী ৱারী লাইরিক ইরম্বশিংগী তুংইন্না সংস্কৃতগী থোরকপা লৌথোকপা মমিং মথাগী মরমদা। মদুমক ঐহাক্না সহরমক্তদদি হায়দে, ঙাংদে, মরমদি সহরগী ভাবক্তি অয়াম্বনা মহৈ-মশিং হৈরবা ঙাক ওইবনা খবা হকচিনবা হীরমদা মখোয়না তাবা পাম্লম্মী। তৌইগুম্বসুং জ্ঞানগী মিৎয়েং শাম্লবা লৌমী শিন্নীগী মফমদা ঐখোয়গী চাওরবা ভাবতকী নিংতম লাঞ্জংগী মরমদা, ভারতকী মফম অমগা অতোপ্পা অমগা খেৎনবগী মরমদা, খা-ৱাং, নোংপোক নোংচুপ্তা লৈবিবা লৌমীশিংগী চপ মান্নবা হীরম, মীপুম খুদিংগী ওইনা তান্দবা য়াদ্রবা স্ববাজ অসি পুম্বগী মরমদা ঐহাক্না ৱা ঙাংলমই। অৱাং-নোংচুপ খম থেংবদা লৈবা খায়বার চীং-লম্বীদগী লাপ্লবা খারোমদা লৈবা কন্যাকুমারী হায়বদি কেপ কোমোবিন ফাওবা ঐনা চৎপদা তানশিল্লকপা জ্ঞানগী মরমদা ঐহাক্না ঙাংলম্মী; মফম পূম্নমক্তা লৈবা লৌমীশিংনা হংবা ৱাহং পূম্নমক চপ মান্নে; মখোয়না ৱাবিবসে চপ মান্নে, – লায়রবা অনংবা, শেন-তোনশিনবা, শেন্দোই চাওবা, মহাজনগী মরম, জমিদারগী মরম, খাজনা অমদি ভাড়া চাওনা লৌবা, ডাকগানা ওৎ-নৈবা – পূম্নমকসিনা পুনশিন্দুনা মিতল্লবা মীরৈবাক মচাগী শাসন্না মখোয়বু ৱাহনবা – মদুদগী মখোয়বু করম্না কনগদগে হায়বসি লৌমীশিংগী চপ মান্নবা ৱাখলনি। ভারত অপুম্বা অমতনি, পাক-চাওরবা পৃথিবীগী মচেৎ অমনি হায়না মখোয়বু খলহন্নবা ঐহাক্না হোৎনরম্মী। চীনাদা, স্পেণ্ডদা, আবিসিনিয়াদা, ইউরোপকী ময়াই লমদা, ইজিপ্তা, নোংচুপ এসিয়াগী লমদমশিংদা শোক্লখিবা লানগী মরমদা ঐহাক্না ঙাংলমই। সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্দা পুবকপা অঙকপা অহোংবশিং অমদি আমেরিকানা চাওখৎ খোংথাং থাংজিনখিবা মসিগী মরমদা, মখোয়গী মফমদা ঐহাক্না খনবা অদুক য়াম্না লুগদবদি নত্তে; মরমদি থায়নদগী লৈরক্লবা অরিবা ৱারী-লাইরিক (পুরান ময়াম) অমদি কুইরবা শোক-তারিখ য়াওদ্রবা ৱারী কয়া মখোয়না য়াম্না মুন্না খংবনা দেশ অমগী ওইফম থোকপা ৱাখলদু নৌনা থোক্তে মখোয়দা; মখোয়গী মরক্তা লাপ্পা লাপ্পা চৎলুরবা, ভারতকী চিদায় চিদায়তদা লৈরিবা তীর্থশিং য়ৌনা চৎলুরবা মীওই কয়ামসু মীরমদা চৎলুরবা সিফাই ওইরুবা কয়ামসু লৈরি। মসিদা নত্তনা মীরৈবাক্তা লম কোয়রুবা মীওই কয়া'মসু য়াওরি। চহী কুম্না শুরকপগী, পুক্রিং হুম্লকপনা অমদি নিংবা থুংদবনা মীরৈবাকী মরম পুথোক পুখোক্তুনা ঐহাক্না ঙাংলম্মী।

করিগুম্বদা ঐহাক্না মীয়াম তিল্লম্বা মফম হেক য়ৌবদা ঐহাকপু ওক্লদবগী ময়াম পূম্নমক কোয়লাং লাংলমই; লাওরমই "ভারত মাতাকী জয়" "ভারত ইমানা মাই পাক্লে"। ইখন খন্দনা মখোয়দা ঐহাক্না হংলম্মী "মখোয়না লাওরিবদো করি হায়রিবনো," মখোয়না মায় পাকহন্নিংইবা "ভারত মাতাদু কনানো" ? ঐগী ৱাহংনা মখোয়বু নুংঙাইবা পোকহল্লি লোয়ননা ঙকহল্লি; করি খুমগদগে খংদবনা মখোয় মশেন অমগা অমগা য়েংনরম্মী; ঐঙোন্দসু য়েংলমই। ঐনা ৱাহংবু তোয়না নোংশিল্লমই। নিংশিংবা থোক্লবা মতমদগী হৌনা মপা'পু ভারত্তা লৈরকলবা মশা মউ ফরবা জট অমনা হায়রমই, "পৃথ্বীমাতাবুনি; পৃকচেন চাওরবা ভারতকী পৃথ্বীমাতাবুনি" মখোয়না লাওরিবদু। করম্বা লৈপাকপুনো, মখোয়গী খুঙ্গংগী লমবুরা, প্রদেশকী লমদমবুরা, নত্রগা ভারত অপুম্বগী লমবুরা ? অসুম্না ৱাহংগা পাওখুমগা লোয়ন লোয়ননা চথবনা মমৈদা মখোয়না ঙায়ঙমদবা মদুগী মরমদা মখোয়দা তাকপীনবা ঐঙোন্দা হংলম্মী। মদুমক তাক্লবা ঐহাক্না হোৎনরমই; মখোয়না হায়রিবা অদুমক ভারত অপুম্বনি হায়না মখোয়দা ঐহাক্না শন্দোক্না তাক্লম্মী। ভারত্তা লৈরিবা চীং-তুরেল, উমং-ৱামং, ঐখোয়গী চিঙ্গাক হল্লিবা পাক চাওরবা লবুক পূম্নমকপু ঐখোয়না নুংশিজে, অদুগা পূম্নমকী মথক্তা শিংথাবা য়াবদি ভারত্তা

লৈবা প্রজাশিংনি, হায়বদি পাকচাওরবা ভারতকী মফম পূম্বা শিনবা থুংনা লৈপ্রিবা মখোয়, ঐখোয়গুম্বা প্রজাশিংনি। ভারত মাতা, ইমা ভারত হায়বসি মরুওইনা প্রজা কোটিশিং অসিবুনি, ভারত মাতাগী জয় হায়বসে প্রজা মীয়ামগী জয় হায়বনি। মখোয়সু ভারত মাতাগী শরুক অমনি, অসুম্না নখোয়বু নশামক ভারত মাতামকনি হায়না মখোয়দা ঐহাক্না হায়রমই; ৱাখল অসিনা তপ্না তপ্না মখোযগী থোপ্তা চংপ্রবা মতমদা মমি তাপ্রবদা মমিৎ মনা য়ুংখৎলক্লমই, নৌনা মরু ওইবা অমা পুথোকলে খনবদা হরাওজরম্মী।

# অহুমশুবা পন্দুপ

## তরুকশুবা তাংকক

# তোঙানবা অমদি অমত্ত ওইবা ভারত

ভাবতকী অৱাবা, অকীবগী মশক্তি; মসি চুন্নবনি; ইফোং ফোংনা মীপুম খুদিংনা উবা ঙম্লবনি। লোৎপা য়াদ্রবা শক্তম্নি, ৱাখলগী খোংচৎনি, মওংনি। অৱাং নোংচুপ্তা লৈবিবা পঠান, খাবমদা লৈখিবা তামিন, অনিগী মবক্ত মান্নবা কবিমতা লৈতে; মপাঙ্গোংদসু অদুমঙাই। হৌবককফমসু তিন্নদে; মখোয়গী মবক্তা মান্নবা কবিমতা লৈতে; জাত্তা, শাওং-শক্তমদা, চিঙ্গাক-ফীজেত্তা, তশেংনমক লোন্দা ইখেন খেন্নে। অৱাং নোংচুপ ঙমখৈ প্রদেশতা ময়াই এসিয়াগী নুংশিৎ মহৌশানা চংই; কশ্মিবদা তৌবগুম্না, মখোয়গী চৎনলোন অমদি চৎনবীনা হিমালয়গী ৱাংমদা লৈস্লবা লৈবাকপু নিংশিংহল্লি। পঠানগী খ্বাইনা খংনববা জগোইদা বশিয়াগী কোসসাক জগোইগী কুপ্পা মান্নববা শকক য়াম্না য়াওবি। খেৎনবা মান্নদবা কয়াসি লৈবনা পঠান্নসু ভাবতকী শক্তম্বু অতোপ্পা তোপ-তোপ্পা অমনি হায়না লৌবিবসে কবিমতা লান্দে; তামিলগী মবমদসু অদুম্মঙাই। চহি লিশিং কয়া চুপ্পা, ভাবতকী সিমনাদা লৈবিবা লমশিংগা মকওইনা, আফগানিষ্টানগা ভাবতকা অমতা ওইনা পুল্লমই, মসিদা কবিসু ঙকফম লৈতে। চহি কয়াগী মমাংদা লৈবম্না থায়নগী টক্কীগী মীশীং, ইসলাম লাক্লিংঙৈ মমাংদা এশিয়াগী ময়াইথংবা শকক্তা, আফগান্নিষ্টান্দা লৈরম্না জাত্তি পুম্নমক বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলম্মী; মদুদগীসু ঙনখৎনা, বামাযন মহাভাবতকী মতমদা হিন্দু ধর্ম্ম চৎলমই। ভাবতকী সীমনা লমদমদা ভাবত কলচবগী মকওইবা ময়াই থোকপা মফম ওইবমই; হৌজিক ফাওবদা অমনবা ফুবা-দলান কয়াগী অতেক অকায় লৈবি, টক্সিলা ইউনিভর্বসিটিগী অতেক অকায় কয়া অমসু লৈবি; চহি লিশিং অনিগী মমাংদা ইউনিভর্সিটি সি খমথেংনা মমিং চৎলমই; ভাবতকী মফম পুম্নমক্তগী অদুতা নত্তনা এশিয়াগী মফম পুম্বদগী ছাত্রশিং লাক্লবমই। ধর্ম্ম হোংলকপনা ৱাখলদা মমি তাখিবনা ৱাখলগী অয়াম্বা শককপু হোংহনবা ঙমদে।

পঠান জাত্তি অমদি টামিন জাত্তি, খেৎনবগী পন্দোম-লোমলবা খুদমনি; অতৈদি অনিসিগী মবক্তা লৈবা ঙাক্লি। মখোয় পুম্বগী তোপ-তোপ্পা মওং মতৌ লৈবঙাক্লি, ভাবতকী ওইবা ময়েক শেংবা মমি, মখোয় পুম্বদা তারি। বেঙ্গলি, মাবাঠি, গুজবাটি, টামিল, অন্ধ্রা, উবিয়া, আসামী, কানাবী, মলায়াবী, সিন্ধি, পঞ্জাবী পাঠান, কাশ্মীব, বাজপূট, হিন্দুষ্টানি ঙাংবা মযাই ভাবতকী মীশিংনা চহি চা কযাবোম চুপ্পা মখোয় মখোয়গী তোঙান তোঙানবা লমচৎ শাজৎ ঙাকলি, অৱাৎ অহেন নাযববসু, লেংদবা মগুণ লৈনবি; মদুনা ময়েং খজিক তাবকলবসু; হান্না লৈবম্বা মওংবু কায়দনা মমাংঙৈদা লৈবন্না বেকোর্ডনা ঐখোয়দা তাকলি; লমচৎ-শাজৎ; ৱাখলগী লেংদবা মগুণ, জাত্তিগী অমতা ওইবা চাবোন শুবোন কয়া হোংলক্লবা, চহি কয়া কয়া চুপ্পা ভাবতকী ওইনা মমি তাবকইবসে খংলকপদা কয়াদা অঙকপা অমা ওইবিবা। হিংনা লেংলেং চৎপগুম চাবোন শুবোল মথং মথং লেংদনা চথবকইবা থৌদোক্তা ৱাখলদা তৌথোবকপদা মান্নবা অমা তত্তনা উবি। কলচবদা চাওখৎ খুদম্না পোৎ পুম্বগী মওং তোঙানহনবগুম চীনাগুম, থায়না ওইবম্বা ভাবত মশামক পৃথীবী অমগুম লৈবমলিবনি। মীবৈবাক্কী অকনবা শক্তিনা মাংহনগ্রে অদুগুম্বা ভাবতকী কলচব, লুপশিনগ্রে মীবৈবাক্কী চৎনবোন্দা। মচেৎ মচেৎ তানা থুগায়বম্বা শকক থুনা পুনশিন্নবা হোৎনবকলি। চাওখৎপগী মিকপ থোকলকপদা মং ওইনা মংলম্বা অমতা ওইনা পুনবগী লিচিংনা ভাবত মচাগী, ৱাখলদা মমি তাগ্রে। অমতা ওইনা পুনশিনবগী ৱাখলসে মীবৈবাক্কী ওইবা কবিগুম্বা অমতনা ওইহনবা নত্তে; নত্তে মপানলমগী চাংচৎ অমদা লৈবা মওংনা নত্রগা মপানগী ওইবা থাজকবনা। মসি মশাগী ওইবা, মমুৎ তানা খঙবা ৱাখল, মখল মথেন মবোন নাইনা খঙবা ৱাখল, মশানা থাজজববু খুদুম চেৎনা পায়না খাংজবা, মশাগী চৎনবোন-চৎনবীবু পামজনা চচ্চবা, মখল কয়াগী অফবা শককপু মশক খংজবকপা অমদি ঙম্নমকসিনা পুকনিং থৌগৎলকপনি।

ফনা চেৎশিন্না অমতা ওইনা পুনশিল্লবসু জাত্তি অমগী মনুংমক্তদা অচৌ-মচাগী খেৎনবা মতমপুম্বদা উবা ফংই। নক্লনা লৈবা কাংলুপ অনিগী খেৎনবগী চাং হন্থরকলবসু নত্রগা পুনশিনপ্রবসু জাত্তি ওইবা তোঙান তোঙানবা কাংলুপ চাংদম্লরকলবদি মরুওইবা একতা অদু মমি শামলকই। অদুমকপু হৌজিক মতমগী চাওখৎ খোংথাংনা মফম মফম পুম্বদা অমতা ওইবা একতাবু পূরকনবা লাক্লরি। মমাংঙৈদা অমদি মধ্যযুগতা হৌজিক্কী ওইবা জাত্তি অমতা ওইনা খন্নরিবা ৱাখল অসি ইরৈ লৈরমদে; অচৌ অপিশক নায়বা, ধর্ম্মগী ওইবা, তোঙঙান তোঙঙানবা কাংলুপকী ওইবা নত্রগা কলচরগী তোখায় তানবনা থোয়না মরু ওইরম্মী। অদুমকপু ঐহাক্লা খঞ্জবদি মতম অমদা, ইদুনা থনমলবা ইতিহাসতা, ভারত মচানা ভারতকী মনুং চনবা মফম অমদা লৈজবনা, অথোয়-অহেন নায়রবসু, নুংঙাইজরম্মী; মীরৈবাক অমদা লৈরুবদা লমলানবা মীচেন অমগুম নুংঙাইজরমদে। ধর্ম্মদা কলচরদা খজিক মান্নবা ওইরগদি মীতোপ ওইনা খনবগী ৱাখলদু খজিক চাং হন্থবা ওইনদি উই। ভারতকী ওইবা ধর্ম্ম চত্তবা কনাগুম্বনা লাক্লুনা ভারত্তা খুন্দাররবদি মীয়োন কয়া হৌত্রবগী তুংদা মখোয়দু তশেংবা ভারতকী মী হেক্তা ওইশিল্লি – ভারত্তা লৈরিবা, খৃষ্টান, যিউশিং, পার্সি, পাঙঙনশিংনা মদুগী খুদমনি। কনাগুম্বা ভারত মচানা হায়রিবা অতোপ্পা ধর্ম্মশিংসি হেক লৌখিবগা, অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎখিবনা মরম ওইদুনা, মখোয় ভারত মচা হেক্তা ওইদে। অদুগা ভারতকী ৱাংমদা দেশ অমদা মখোয়না হেক্তা লৈখিবদা ধর্ম্ম তিন্নরবসু মখোয়বু ভারত মচা ওইনা লৈবাক অদুগী মী নত্তবগুম্না হেক্তা খল্লি লৈবাক্তুগী মীনা।

ঐহাক্লা খনবদা, ঐখোয়গী পোক্লফম লমদমগী শক্তম ঐখোয় পুন্নমক্লা তোঙান তোঙান্না উই; চপ মান্ননা খনবা মী অনিত শুনা লৈতে। ভারতকী মরমদা ঐহাক্লা খনবা মতমদা তোঙঙান তোঙঙানবা ৱাখল কয়া লাকই ঃ– খুল মচা মচানা মরক মবক্তা তাবা পাকচাওরবা লমহাং লবুক, ঐহাক্লা উরুবা চৎলুবা সহর মচা-অচৌবা কয়া, কুমগী নোংনা ফুদিৎ ফুনা হৈথরকলবদা শ্রক শ্রক কংনা লৈরমলবা লম্না খংহৌদনা ফজরবা অশংবা মনা শীংনানা ইশং-শংনা শন্দোকপ্রিবা লমদম কয়া, অকীবা ফংনা ঈশিং কন্না চেন্থরকপা চাওরবা তুরেলশিং, গুহাক পোখাফম চংজফম পীত্রবা ৱাওথাংনরবা অকোয়বগী মরক্তা লৈখিবা খাইবার চীংলম্বী, তূমতক তারবা ভারতকী খা থংবা শরুক, নাইতোম তাবা অমদি পুন্না তাবা মীয়াম, পুন্নমক্কী মথক্তা উন্না চীংদোন কুপ্পবা হিমালয় চীংজাও, বসন্তগী হৈরাং লৈরাংনা নিংথিজহল্লবা চাং নাইনা লাওদুনা খোংদুনা, মুরুম মুরুম শোন্দুনা তত্তনা চেন্থরীবা লোক-তাই তুরেল মচানা থোয়না নিংথিজহল্লবা কশ্মীর, পুন্নমক ৱাখলগী মিৎয়েং মাংদা অমমমদা ওইনা মমি তারক্লি। ঐখোয়না পামজবা দৃশগী লায় ঐখোয় ইশানা শেমজবনি ইশানা খন্দোকচবনি, শারবা অমদি ওমচাক্লরবা লৈবাক্কী ফজরে হায়রিবা লায়শিংগী মরক্তা চীংজাওনা মনিং খোম্বা নিংথিজরবা লৈবাক অসিনা ইহেন হেন্না ঐহাক্লা পামজৈ। লাই অনিমক ইফ-ফজদবদি নত্তে, অনিমক চুমই, মরমদি অশাবা লমদমদগী অচিক অশা, চাংমান্নবা লমদম ফাওবা ভারতনা শন্দোকপ্রি, বিষুবরেখা, মনাক্তগী ইংবনা চিংশিল্লবা এশিয়া মহাদেশকী ময়াই ফাওবা অমুক শন্দোকপ্রি।

# অহুমশুবা পন্দুপ

## তরেৎশুবা তাংকক

## ভারত কোয়বা

১৯৩৬ না লোয়শিলকপা ১৯৩৭ না হৌগৎলকপা থা খরদি ঐহাক্না ভারত কোয়বসি হেন্না হেন্না থুজিল্লকপনা মমৈদা অঙাওবগুমশ্রে। অহিং নুংথিল খাক্তনা, লেপ্তুনা লম্বী নায়না শিৎপা নোং নুংশিৎকুম করিগুম্বা মফম অমদা ঙহাক পোথাবা ফংদবমখৈ, চাওরবা লৈবাক অসি শিনবা থুংনা ঐহাক্না য়ৌরম্মী। সাধারন মীখন্না নোংম নোংমগী নকশিনলকপনা, ঐহাক য়াওরগা মীখন্দা মাই পাক্কনি থাজবনা ঐহাকপু মফম পুম্নমক শিনবা থুংনা য়ৌরকহন্নিংলম্মী, অদুবু মতমদি অকক্নবা ওইবনা লৈশিনলকলমদে। গাড়ীনা থুংনবা কোয়চেন চেনবা তারম্মী; এরোপ্লেন্না, রেলগাড়ীনা মতেক মতেক চেনবা ফাওবা য়াওশ্রে। অনকপা মফম তান্না চৎপদা করিগুম্বদা শামু, উট অমদি শগোল্না চৎপা য়াওরম্মী, জহাজনা, হীজ্ঞাওনা, লুকায় হীনা, করিগুম্বদা একাগাড়ীনা অমসুং খোংনা চৎলম্মী। মল্লবা লম্বী থোংদগী মনুংহুঞ্জিন্না লাপ্পা চংবা মতমদা তোঙান তোঙানবা মফমগা চান্নবা উপায়না চৎপা তারম্মী। মাইক্রোফোন সেট অনি লাউট স্পিকরগা কোন্ননা পুদুনা ঐহাক্না চৎলমই; মরমদি মীয়াম তিনবদা মসি তঙাইফদনা চংলমই; তশেংনমক মসি নত্তনা ঐহাক্না ঐহাক্কী খোঞ্জেন চাং নাইনা তাহনবা ঙমলম্দে। হান্ননা করি করিগুম্বা মফমদা মাইক্রোফোন শুকউ উদবা ফাওবা য়াওরমই, তিব্বেৎকী ঙমখৈদগী বেলুচিস্থান ফাওবদা অসিগুম্বা অঙকপা মফম কয়ামরুম লৈবনা মাইক্রোফোন পুদুনা ঐহাক্না চৎপা তারমই।

মীয়াম পুন্না তিন্দুনা ঐহাকপু তোঙান তোঙানবা মফমদা ঙায়দুনা লৈবনা, অদুগা মী তিনফমশিং অসিগী মরক মরক্তা খুঞ্জাশিংনা ঐহাকপু ওক্কদবগী অৱাবা খাংনা ঙাইদুনা লৈবনা, অয়ুক অঙনবদগী নুমিদাং য়াম্না থেংলবা ফাওবদা মফম অমদগী মফম অমা তান্না ঐহাক্না চৎপা তারমই। পুম্নমক তোকপা য়াদবা থৌদোক ঙাক ওইবনা ঐহাক্কী কুংলবা থৌরম পরেং ওম্বাং ওনশিন তৌবা তারমই, মতুং তাবা থৌরমশিং থেংথহনবা তারমই। ইচম চমজবা প্রজাশিংবু করম্না ঐহাক্না লুনা তৌদবা, থৌশাদবা ঙমগদৌরিবনো ? খরা থেংজিনখিবনা অয়াম্বা মতম হাৎখিরমই; পাকচাওৱবা লমহাংদা তিল্লমইবা মীরক খায়দুনা প্লেটফোর্ম তান্না চংবদা মিনিট কয়ামরুম চংই অদুগা থোকপসু অদু মঙাই। মিনিট খর খর হাইজিনখিবনা হাইজিনখিবা মিনিট খর খরদু পুনশিল্লগা পুং কয়ামরুম ফাজিল্লকখি; অসুম্না নুংথিল মতম ওইরকপদদি ঐহাক পুং কয়ামরুম থেংজিনখিরমই। নিংথমথা ওইবনা থুনা থেংজিনখিবনা মীয়াম পুম্নমক মতিক চানা ফীরোন শেৎ-চাদবনা অহাংবা লমহাংদা খাংবা কনবগা লোয়ননা মশা থক থক নিকপমখৈ ঐহাকপু ঙাইনরমই। ঐহাক্কী নোংম নোংমগী থৌরম পাংথোকপদা পুং ১৮ হেক্ত চংখিরমই; নোংমগী থৌরম অসুম্না পাংথোকপদা নোংয়াই মতুং ইতৎ তত্তনা য়ৌই। অমুক্তি ফেব্রুওয়ারীগী নোংয়াই মতুংদা য়াম্না থেংবা ফাওবা কর্নাটক্তা ঐখোয় লৈবা তাখি; মদুনা ঐখোয়গী রেকর্ড থুগায়খি। নোংমগী থৌরম পাংথোকপদা অকীবা ফংনা ৱানা থোকপসু য়াওদবা নত্তে; য়াম্না ফজরবা চীংগী জঙ্গলদা, থেক খোয়রবা ওম্বোক্না ফৎখিদ্রবা লম্বীদা শিক শিক্তুনা তপ্পা তপ্পা মা-মাদুনা চৎপা ফাওবা য়াওখি। মীতিন মঙা-তরুক্তি অঙকপা ফংনা চাওরমই, মী ওম্বোক্না য়াম্না তীল্লমই; অদুগা অতৈদি মদুক চাওরমদে। পুং ৮ তাবদগী নোংমগী থৌরম হৌবনা নুমিদাং পুং ৪ (নোঙাল্লমদাই) দা লোয়শিল্লি (মসি হান্না লেপ্পা পুংফমদগী পুং ৭ হাইগৎলগনি); মতুংদা ঐখোয়না লৈগদৌরিবা ঐখোয়গী পোথাফম তান্না মাইল ৭০ লাপ্পা হল্লকপা তাবনি। মীতিন কয়ামরুম য়াওরুরগা অয়ুক, নুংথিন, অহিংদা ঐখোয়না নোংমদা মাইল ৪১৫ তত্তনা চৎলি; ঐখোয়গী লৈফমদা থুংলবদা নিতিগী ওইনা অয়ুক পুং ৭ হেক হেক তাই। নোংমদা পুং কুনহুমদোই চংই; পুং অমতং ফাওবা পোথাবা ঙাইঙমদনা নোংমগী থৌরম পায়খৎপা হেক হেক হৌই।

কনাগুম্বনা য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা হায়বদি থা খরসিদা মীতিনশিং অসিদদা তিল্লিবসি মী চাওরাক্লা কোটি তরাদগী তারোই; ঐহাক্লা চৎপদা লম্বীদা ঐহাকপু ওক্কুনা ঐগা উন্নবনা মসিগী মথক্তা কোটি কয়ামরুম ওইগনি। চাওরবা মীতিন অমদা মী লাক্ষতগী তাদনা তিল্লি; মসিগী মনুংদা লিশিং কুনলোমদি মথৱাই য়াওবা ঙাক ওইনা তৌই। পীকতকপা সহর মচা লান্না চৎপদা, সহর অদু মী লৈতবা তাকতক তৌবা ওইনা উই; দুকান্নচিংবা পুম্নমক থোং ঙম্না লোল্লি মসি উবদা ঐহাক ইঙক ঙকই। সহরদা লৈবা মী পুম্নমক নিপী, নিপা, অঙাং ফাওবা সহর ৱাংমদা তিন্দুনা য়াম্না খৌবাংনা ঐহাক্লা য়ৌরকপা ঙায়দুনা লৈবদু উবদা, মদুনা, ঐহাক্লা ঙকলুবা অদুগী চপ-চাবা পাউখুম ঐঙোন্দা পী।

অসুম্না হকচাং করিমতা চোকথদনা ঐগী থৌদাং অসি কবম্না পাংথোকখিবনো হায়বা হৌজিক ঐহাক ভাব তাবা ঙমদে। তৌবদি হকচাংগী খাংবা ঙম্বা, অঙকপা পাঙ্গল লৈবম্বনা ওইবনি। পুন্সিগী কল্লবা অসিগুম্বা থবক পাংথোকপদা ঐগী হকচাং'সি খবা খবা হৈনবকলব্রা হায়না ঐনা নিংই। মীতিনফম অমদগী মফম অমা তান্না চৎপদা গাডী মথক্তা ঐহাক ইশি শিনা পুংখায অমবোম তুল্লম্মী; কবিগুম্বদা মিকপ শুকথোক থোক্তে। ঐহাক লাকপা উবদা মীয়াম্না হবাওনা লাওবদু তাবদা মিকপ থোকপসু যাওই। চাব চাং যাম্না হম্বনা চাবমই কবিগুম্বদা নুংদাং চরা হেল্লমই; মদুনা হকচাং নুংঙাইবগুম তৌই। ঐহাক্লা চৎলু চৎলুবা মফমদা অমদি ঐগী অকোযবদা মীযাম্না ঐবু য়াম্না নুংশিবীবা লুনা তৌবিবদুনা থোযনা হেন্না ঐঙোন্দা পাঙ্গল হাপলম্মী, ঐহাকপু কনখৎহল্লমই। অসুম তৌবসি ঐহাক হৈনবকলে; অদুবু মতুংদসু কদৌঙেদস্ ঙমগনি নিংদে; হৌজিকস্ খল্লরগা ঐহাক ইতোমতা ঙকচৈ।

# অহুমশুবা পন্দুপ

## নিপানশুবা তাংকক

## জেনরেল মীখল

ভাবত অপুন্বগী ওইনা নোংম নোংমগী নকশিল্লকইবা জেনবেল মীখলগা মকওইনা ঐনা চৎপগা মরী লৈনৈ। অদুম্মদি ওইবগা মীখলগী নিয়মগী মবমদা (ভোৎ থোম্বগী মওংগা) কবিমতা মরী লৈনদে। প্রজা মশানা শাসন তৌজবা লৈবাক লৈঙাক্কীদমক্তদি মীখল সি থানবা যাদে, য়াম্না দবকাব ওই; মীখল অসি তোকপা শুকয়া যাদে। অদুবু অয়াম্না মতমদা মীখলনা মীওইবগী ফত্তবা শকক্কী লংলা লংজিন চিংথোকল্লকই; মতম পুম্বদা হেন্না ফবা মীগী মাই পাকপা থোকহন্দে হাযবসি অচুম্বনি। জ্ঞান তাবা মীশিংনা অমদি পাইবক্কী ওইবা ফত্তবা উপায়না মশাগী কান্নবা তৌনিংদবা মীশিংনা, খুদোংচাবা ফংগন্দে; অমগা অমগা মুক্রবসু মখোযনা পামদে। অদু ওইববদি ডিমোক্রেসি হায়বসি মাইথাবা, রাজাও ঙাংবা মীগীদমক ওইবব্রা, মখোয়দতা জ্ঞান হাপ্পব্রা ?

ভোৎ পীগদবা মীশিং যামদ্রবদি মীখলগী ফত্তবা কযামকম থোকই; ভোটবগী মশীং যামলবদি অসিগুম্বা ফত্তবসি মশানা মাংজাখি, ভোটব পুম্নমক উন্নবগী খুদোংচাবা ব্রাৎলকই। ভোটব মশীংনা যাম্না যামথ্রবদি ফৎত্রবা প্রচাবনা অমদি ধর্ম্মগী মিংদা মগামবু হোযদুনা পুবা ঙমদে; থোকলক্কদৌবিবা ফত্তবা অযাম্বা ঙাকথোক্রবা মতিকচাবা মবম মচাক কয়া মা মতোমগা থোকচবকই। ভোট পীগদবা ভোটব মশীংনা যাম্না যামথ্রবদি ঐহাক্রা থাজবিবসে তশেংনা চুমই হাযবা, মবর্মসিদা খংজিল্লকপা ঐগী জ্ঞান্না কর্নাশিন্না থাজবা পোকহল্লি। শেন-থুম, মবন লৈবদগী ফংলকপা জ্ঞান নৎত্রগা লাইবিক হৈবগী জ্ঞানগী চাংযেং মতুংইন্না, ভোটবগী মশীং খবদ ওইহনবগী মহুত্তা পাকনা চাওনা মশীং য়াম্না হেনগৎহল্লি হায়বসি থাজনবা ঐহাক্রা ফনা লাকনৈ। অদুবু মবন লৈবগী ওইবা জ্ঞানদি অমা ওইববসু অমা ওইববসু ফত্তবনা নমই; অদুগা লাইবিক হৈবদি দবকাব লৈবতা নত্তনা হৈতবা ইযা যাদ্রবনি। লাইবিক হৈবা নত্রগা খবত ওইববসু লাইবিক তমলকপা মীগী তোপ-তোপ্পা মগুণ ঐহাক্রা পুথোকউবা লৈতে; মশা ফবা লৌম্মী লাইবিক হৈতবা মশাগী লৈজবা জ্ঞান ফাওবা লৈজবিবদুদগী হেন্দবা মীগী ব্রাখলদগী লাইবিক হৈবা নত্রগা খবতা হৈবা কাংবুগী জ্ঞান্না হেন্না ব্যবহাব তৌনফম থোকই। অদুবু থৌদোকশিং অসিগী মতাংদা লৌমীশিংগী মতাংদা মক ওইনা খন্ননিংঙাই ওই; ভোট লৌনবা মতমদদি মখোয়গী মতসু ওম্বোক্লা মক ওইবকই। নিপা নিপীশিংগীদমক এডল্ট ফ্রেনচাইজবু (মেজব ওইববা মীনা ভোটব ওইববু) ঐহাক্রা থাজবনি; অদুবু মতাং অসিদা অকবা মতাং অমা লাকই হায়বা ঐনা মুননা খংই; মসিমক ভাবতকুম্বা দেশতা হেক চৎনহনবা অসিমক য়ানিংদবা পোকই হায়বসি ঐহাক্রা নিংই; য়ানিংদবা অসিমক্কী মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি চুমই; মসিমক খুদোংচাবা লৌনিংবা মশাগী ওইজবা তানবা কাংবুগী থবক্রা অকীবা পোকহল্লি।

প্রদেশকী এসেমব্লিশিংগীদমক ১৯৩৭ তা তৌখিবা জেনবেল ইলেক্সন অদু প্রদেশকী ওইবা অপুনবা মীকোক্কী চাদা তবানিথোইবোমদমক খনগৎপা, অককনবা ফ্রেনচাইজ (অখন্নবা ভোটব) খবদগী ওইনা তৌখি। মহৌশা, ভোৎ থাদবা য়ানবা শেম্বা নিযমদগী মসিনা থোযনা হেন্না ফবক্রবনি; ভাবত্তা লৈবা ষ্টেটশিং য়াওদনা ভাবত অপুম্বদা মীকোক কোটি কুম্থানা ভোট পীখি। মীখল অসি যাম্না পাক চাওথোক্লে ষ্টেটশিং খায়দোক্লগা ভারত অপুম্বা য়াওবে। প্রদেশ খুদিংদা প্রদেশ এসেমব্লিগী মীবেপ মীখন তৌনবে; প্রদেশ অয়াম্বদা হাউস অনি অনি লৈনরে; অদুনা ইলেক্সন অনি থোক্লা তৌবে। মীরেপতা য়াওবা (কেণ্ডিডেৎ ওইনা) মীকোক্লা লিশিং কয়ামরুম ওইবে।

ইলেক্সনগীদমক ঐহাক্লা হোৎনবদা মহৌশা মশাগী ওইবদগী তোঙানলমই; কন্গ্রেসী অতৈনা হোৎনবনা থোয়না হেন্না লাপ্পগ্রে। মীখন্দা কেণ্ডিডেট ওইনা লেপইবা মীওই খুদিংগীদমক ইশামক করিমতা ব্রাদে, কন্গ্রেসনা ভাবতবাসীশিংগী

মীহুৎশিন্দুনা প্রজাগী ওইনা চৎলকপা নিংতম লাঙ্গংগী ইহুনবু লৈবাক শন্না খংহনবা ঐহাক্না পান্নমই; অদুগা ইলেক্সনগী পাওজেল চেদা য়াওরিবা থৌরমদু লৈবাক প্রজা খংহননিংলমই। ঐখোয়না মাই পাক্লবদি পুম্নমক্কী য়াইফবা ওইগনি হায়বা ঐহাক্না থাজে। মসিবু নত্রবদি মানা মানা থোকপা হোৎনজদুনা মথোংচাদবা মীরেপ য়াওরিবা কেণ্ডিডেটশিং কাবু কারবসু নত্রগা কাদ্রবসু, মদুনা করিসু তৌবা য়ারোই।

ঐগী হায়জ ৱাহে পুম্বা লৈবাক্কী ওইবা মীপুমগী ওইবা ঙাকনি; ঐখোয় কঙ্গ্রেসকী ওইবা ৱাফম মীহুৎ অমা ওইনা হায়বা নত্তনা মীরেপতা কেণ্ডিডেৎ ওইনা লেপলিবা কাংবুগী মরমদা অপান্ননা ঐহাক্না করিমতা হায়রমদে। মখোয় অয়াম্বা মশক খংই; শুকখং খংদবসু কোংগাই অমনি, মখোয় চামা চনিগী মমিং চিনফা পুরুদুনা ইশাবু অৱাবা পীবগী কান্নবা মরম করিমতা উদে। কঙ্গ্রেসতা ভোট পীনবা, ভারতনা মনিং মথা তম্নবা, নিং-তম লাঙ্গংদা মাইপাক্লবা ঐহাক্না হায়জরমই। নিং-তম্বা ফংদ্রিবা ফাওবা লেপ্পা লৈতনা লাঙ্গংগনি হায়না ৱাশকপা নত্তনা অতে অমা ৱাশকপা ঐহাক্না তৌরমদে। ঐখোয়না তৌরিবা থবক অদু ভাব তাবা পামলবদি, ঐখোয়গী থৌরমশিংদু পাংথোকপদা মতেং পাংনিংলবদি ঐখোয়দা ভোট পীয়ু নত্রবদি পীনু হায়না মীয়ামদা ঐহাক্না হায়রমই। ঐখোয়না পায়খৎলিবা থবক অমদি থৌরমশিংবু মখোয়না য়ানিংদ্রবদি কঙ্গ্রেসতা ভোৎ করিমতা পীবীনু হায়না ঐহাক্না পীহন্নীংদবা উৎলমই। লান্না ভোৎ পীবা নত্রগা মখোয়না নুংশি হায়দুনা কনাগুমবা অমদা ভোৎ হেক্তা পীশিনবা ঐখোয় তৌহন্নিংদে। ইলেক্সন অমদি ভোৎনা ঐখোয়বু লাপথোকহনবা য়ারোই; মখোয়দি (ইলেক্সন অমসুং ভোত্তি) শাংলবা খোংচৎকী খোংকাপ মচা খরতনি; ভোৎকী ৱাখলনা ঐখোয়বু নমথাক তৌবা, ঐখোয়না চত্থরকইবা থৌরম অমদি তুংদা ওইবক্কদবা ফীবম ভাব তাদনা ঙৈহাক্কী অশিংবা শাবদি ঐখোয়দা অরানবা লংশিনবনি ইমা লৈবাক্কী মফমদা চুমদবা চৎপনি। ঐখোয় ইহুৎ-ইঙম শিন্নবা; পুকচেন শেংবা মবুক ফবা মী পামই; মখোযনদি মদু খংদে, মসিনা মৱাদি ঐখোয়না শেমগৎনিংই অফবা অশেংবা সমাজ; ইজাত্তিনা নিংতম্নবা হোৎননবা ঐখোয়দি ৱাশকপ্রবনি। নিংতম্বা করিনো, ঐহাক্না শন্দোক্না ঙাংলমই; ঐখোয় ভারত্তা লৈরিবা মী কোটি কয়া কয়ারোম অসিগী মসিনা করি তৌগদবা, করি কান্নবা মরমশিং ঐহাক্না হায়রমই। অঙৌবা জাত্তিগী মহুৎ কুচু লৈশিনবনা শিন্দুনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী মপু শিনসি হায়বা নত্তে; ঐখোয়না পামই প্রজাগীদমক প্রজানা লৈঙাক ৱায়েনচৈ পায়জবা, অৱা-অনং কোকহনবা।

শাজিন্নদুনা, তৌশিন্নদুনা, ইলেক্সনগীদমক কোয়চৎ চত্তুনা ৱা ঙাংবা ঐগী ইতিক নত্তে, ঐহাক্না হায়খিবা পুম্বা ঐখোয়গী অৱাবা, লুমলবা পোৎলুম কোকহন্নবগীদমক্নি। ইলেক্সন্দা কেণ্ডিডেৎ ওইনা লেপইবা মীশক্কী অপান্ননা ঙাংবগা ঐগা মরি করিমতা লৈতে। ঐগা মরি লৈনবদি হেন্না চাওবা থৌরমনি। কনাগুম্বা কেণ্ডিডেৎ অমনা মাইপাক্না কানবা পীক্লবা পুকচেন ৱাখল খল্লিবদুগা ঐহাক্না হোৎনরিবসিগা অওইবমক ওম্বোক্না ফাক লৈনগ্রে; অদুম্নদি ওইরগা ঐহাক্না খল্লিবা মাইকৈরোমদগী কনাগুম্বা কেণ্ডিডেৎনা কাজরবদি মীখনবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎকনি, মীখন্না জাত্তিগী নিংতম লাঙ্গংদা থোয়না হেন্না উপায় ওইগনি, ভারতবাসি কোটি কয়া কয়ানা থায়নদগী হৌনা ৱারকলবা, নংলক্লবা, চবা হেল্লকলবা শাপকী শাপতমক ফংগনি। অসিগুম্লবা পাওজেনবু মকোক ওইবা কঙ্গ্রেস কয়ানা মানা মানা ঙমবা শক্তিগা লোয়ননা লৈবাক শিনবা থুংনা শন্দোকলকলে; সমুদ্রদগী শিংকৎলকপা ইংলবা শেংলবা নামিবা নুংশিৎকুম লৈবাক শিনবা থুংলকলে; পীক্লবা পুকচেল শেংদোকলে; ইলেক্সনবু চাওজন থীহল্লম্বা শরুক কোকহল্লে। তীল্লমইবা প্রজা পুম্নমকপু ঐহাক্না নুংশিজে; মখোয়গী মিৎয়েং কোটি কোটিনা মখোয়গী থম্মোইনুংগী অপাম্বা করিনো থংনবা ঐহাকপু তম্বীরে; মখোয়গা ঐহাক্না শকখংনরে।

ইলেক্সনগী মরমদা নিতিগী ৱারী শার্মিন্নে; অদুবু মদুনা কর্দৌঙেদা ঐহাক্কী কোকপু ৱাইচিলহল্লমদে; মশানা ইতাও তাওজবনি। ভোটরশিংগসু ঐহাক্না মরি করিমতা লৈতে। মদুদগী হেন্না ৱাংবা ৱাখলনা ঐহাক্না তৎন-থানদনা লোয়নরমই; ভারতবাসী কোটি কেটিগী ৱাখলনি মদু; মখোয়না ভোটরনি ভোটর নত্তে করিমত্তা খন্দে ঐহাক্না; নিপা নিপী অঙাংশিংগীদমক্তা খনবা ঐগী ৱাখলনি মদু। অসিগুম্বা নিপা থোকপা থৌদোক্কী নুংঙাইরবা ময়াই কাহনবা ৱাখলনা ভারত মীয়ামগী ৱাখলগা অমত্তা ওইনা পুনশিল্লমই। মীয়াম ময়াইদা লেপ্পদা, ময়ামগা লাম্বা তৌবদা, মীয়ামগী শক্তিনা ঙমদুনা ঙহাক্কী ওইনা খনবা ৱাখলদু। মী লিশিং লিশিংগী মিৎয়েংগা ঐগী মিৎকা চান্নরমই; ঐখোয় মশেল অমগা অমগা য়েংনরম্মী, শকখংনদবা

মশেন অহানবা হেক উন্নবগী য়েংনবা মিৎয়েং নত্তে, ঐখোয় শক খংন খংননা য়েংনবনি, করিগী য়েংনবনো কনামতনা হায়বা ঙমদে। মখোয়বু ঐহাক্না খুরম্বদা ঐগী মাংদা ইখুৎ অনি মতোমতা জুব তৌজরম্মী; মখোয় ময়ামগী লোন্নদুনা থাংগৎলকপা খুৎনা জঙ্গলগী উপালগুম নিংথিরমই; মখোয় পূন্নমক হরাও মোমোন নোকলমই, মীয়াম তিনবা মাইকৈদগী ঐবু ওকপগী মখোন্না ময়েক শেংদুনা ইরাওখোনগুম থোকলমই; মীয়াম্না হোন্দোকলপা লুম্বু শাবা স্বরনা ঐহাকপু কোনবীবমই। ঐনা ঙাংথোরকপা ৱাহৈগী খোঞ্জেন্না ঐহাক্না পুরকপা পাওজেনবু মীয়াম তন্না য়েঙ্খোকলি, ঐগী ৱাহৈ, ঐগী পুকনুংগী ৱাখল মখোয়না কদায়ফাওবা খংলম্বা য়াবা ঐঙোন্দা ঙক্না থোকলম্মী। পূন্নমক, মখোয়না খংইবু হাযসিরা খংদেবু হাযসিরা ঐহাক করিমতা হায়বা ঙমদে; অদুবু মখোযনা য়াম্না কুপ্না শেংনা ভাব তানা খংবা ঙমই হাযনা মখোয়গী মিৎয়েংনা তাকলি; মদুবু ফোংদোকপা ঙমদ্রে ঐহাক্না ৱাহৈনা।

# অহুমশুবা পন্দুপ

## মাপলশুবা তাংকক

# মীয়ামগী ওইবা কলচর

অসুম্না হৌজিকমক চৎনা চৎনা শান্নবা ভারতবাসীগী লীলা ঐহাক্না উরম্মী; হৌখ্রবা মতমদা লেনখিবা মপুন্সিগা হৌজিক্কীগা অনিগী লৈনরিবা মরী ঐহাক্না পোখাদনা থিবা লাক্নরিবনি অদুবু মখোয়দি তুংদা ওইরক্কদবা মাইকৈদা য়েংশিনবা হৌরি। কলচরগী হৌরকফম থেংনরুবা মফম খুদিংদা মসিনা মখোয়গী পুন্সিগী খোংচত্তা ওহ্লোক্না কল্লবা শক্তি পীশিনবা উই। কলচরগী হৌরকফম অসি, দর্শন শাস্ত্র, চৎনরোল ইতিহাস, ফুঙ্গাৱারী, লাইতিনগা শম্নরিঙৈগী ৱারী পূম্নমক'সিনা পুনশিনবগী শক্তম্নি, অসিগুম্বা শক্তমদা য়াওরিবশিং অসি তোঙান তোঙান চৈথন খন্দুনা অমুক হন্না খায়দোকপা ওইথোক্তে। লাইরিক মযেক খজিক উবা, লাইরিক শুকহৈ হৈতবা পূম্নমকসু মাগী মাগী শরুক য়াবি। থাঙ্গনগী ওইবা ভারতকী শৈবেং, রামায়ণ, মহাভারত, অতৈ লাইরিকশিং অসিদা য়াওবিবা অকীবা-তুজুংবা শরুক, নুংশিবা কপনিংবা শরুক, চুম্নগী ৱারী ওইবা শরুক, মীওইবগী তোঙান তোঙানবা শাজৎ-লীচৎকী শরুক ভারতবাসী পুম্নগী থম্মোইনুংদা লান-লুনা হকখ্রবনি, লাইবিকশিং অসিদা থাজবা নুংঙাইজবা পোকলবনি। লাইরিক হৈতবা খুঞ্জা অয়াম্বনা শ্লোক চাম চাম চিনফা পুনৈ; ৱাবী শানবদা ৱা ঙাংবনদা শ্লোক, ৱারী মতেক, পাষ্টে-পাওরৌ মতেক ওইবা শম্পৎপা ৱাবীগা লোযননা হায়নদুনা অশেংবা, ককপা য়াদ্রবা, চুম্লবা ৱাফম ওইনা লৌদুনা পুম্নমক্না ব্যবহার তৌরবনি। হৌজিক্কী ওইবা থৌদোক্কী মরমদা চম্না পাবা শান্নবদা ফাওবা খুঞ্জা কাংবু কাংবুনা শ্লোক্নচিংবা থীদুনা অখং-অহৈ পণ্ডিত শাবা লেম্নজবা, থেংনবদা ঐহাক ইঙক ঙকই। অঙৌবদা অমুবা তাখ্রবা ইতিহাস অমসুং চুমলে খংলবা অচুম্বা ৱাফমগী মযেক শেংলবা শকফমনা ঐগী ৱাখলদা মমি নিংথিনা তারবদি লাইরিক হৈতবা লৌমীশিংগী ৱাখলগী লাইয়ুমদা থন্না লৈরিবা শরুক অসি ঐহাকসু খংলমগদবনি; মখোয়গী ৱাখলগী লাইয়ুমথক্তা থন্না লৈবিবা শক্তমশিং অসি ইতিহাসকী শরুক্তি করিমতা য়াওদে; অয়াম্বনা ফুঙ্গাৱাবী চৎনবোল, থাঙ্গনগী ওইবা লাই-তিনগী ৱারীদা অকন অথৌ ওইরম্বা নিপা নিপীগী মরমদা ইরম্বা ৱারেং শৈবেংগী শরুক ঙাক ওইনা তৌই। অম-অমবু ওইরবসু মাদু ওহ্লোক্না মযেক শেংনা লায়।

মখোয়গী মমাই, শাওং-শাদা অমদি মখোয়না চৎপা শাজৎ ঐহাক্না মুন্না য়েংলমই। খরগী মাইথোং তশিং তশিংনা উই, খবগীনা মশা মউ য়াম্না ফৈ ৱাং-চাউই, মশা তনান তনাল্লি, নিপীশিংগী মরক্তা রাশি লৈবী কয়া য়াওরি, মশা তপা-তপাবী, য়েংবদা মতিক মগুণ লৈবী কয়া য়াওরী অদুবু হেক য়েংবদা অৱাবী, নিংবা থুংদবী, অৱাবা ৱাখলনা নুংবংনরবী কয়াসু য়াওদবা নত্তে। শেন থুমগী অবস্থা ফবা অৱাংবা থাক্কী নিপীশিংনা মশা তনান তনানবা, ফবা মহৌশানি। করিগুম্বা মতমদা লৱাইগী লমজাওদা চৎপদা খুন খুন ফাওবদা, ওহ্লোক্না মশা মউ ফবা, শওং শাদা ফজবা নিপা, মশক মতৌ ফজরবী নিপী কয়া উবদা ঐহাক ইঙক ঙকই; থাঙ্গনাঙৈদা লৈরম্বা মীশিংগী অয়েকপা মূর্ত্তি নিংশিংলকই। অৱা-অনং, অকী-অখং কয়া ভারতনা নংলবসু চহি কয়ামরুম চুপ্পা অসিগুম্বা মীওং লৈরকলিবা, মুৎলক্ত্রিবসি কয়াদা ঙকখ্রবনো। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিগী অবস্থা ফগৎনবা, খুদোংচাবা কয়া মখোয়দা পীনবা ঐখোয়না হোৎনরমদ্রিবসি করিননো ?

হান্নসু লায়রদুনা লাকলবনি তুংদসু মশীং লাকঙমদনা চারোন শুরোন ফাওবা লায়রখিগনি; অসিগুম্বা শা-ঙা ওইবগী থীরবা লাইবক অসি মীপুম খুদিংগী ওইগদৌরিবনি। পুন্সিসি মাংলবনি, মওং হোংদোকহল্লবনি, পূম্নমক ফৎহন্দ্রবনি, মশাগী ওইজবা, মওং হোংহনবনা, পাপনা খুরক হাংহন্দ্রবনি, অৱাৎপগী লোয়বা নাইহন্দ্রে, মতম পূম্বদা ফীবম চেৎহন্দ্রে। পূম্নমকসি য়েংবদা নুংঙাইবা নত্তে; অদুবু নুংঙাইত্রিবদু ভারতকীদি শেংলবনি। মতমদুদা ওইরিবা ফীবমদু পাম্বা অমদি থাদোকপা অনিমক ওহ্লোক্না ৱানা থোকলম্মী। অদুম্নদি ওইরগা চহি লিশিং কয়াগী মমাংদা ওইরম্বা, মপুং মরৈ ফাবা, থোৎপা, নৌবা, তপ্পা ফীবমদি লেংদনা লৈরকলি। অসিগুম্বা ফীবমবু লায়বক ফনা থীদুনসু অৱা-অনা কয়া থোক্তুনসু মাংহনবা ঙমদ্রি।

# অহুমশুবা পন্দুপ

## তরাশুবা তাংকক

# পুন্সি অনি

অমা ওইববসু ঐহাক্না ভাবতপু ফোংগদবগী লাক্লবি; হৌগ্রবা মতমগী ভাবত অমসুং হৌজিক মতমগী ভাবত ফোংনবা হোৎনবি; মতম কয়াগী মমাংদা মাংগ্রবা, হৌজিকমক লৈবিবা মীওই কয়াগী মবমদা খনবা অমদি পুকনিংদা হেক পানবা ৱাখলগী শক্তি অমদি হেক লৌশিনবা ঙম্বা পাঙ্গল লৈনবা ঐহাক্না হোৎনবি। অবোযবা মনৈদা ঐহাক ইশানা কন্না নৈনবিবা লোযবা নায়দ্রবা নিযমগা মতম খবদা ওইববসু খুৎলোয়ন্নবা ঐহাক্না হোৎনবমমী। অদুগা মতুংদা, মখাদা পাক্লা শন্না লৈখ্রিবা লৈতেম মান্নবা লমদমথক্তা চীংদোন থক্তগী যেংথবদা চীংদোন্দা লৈবা হকচাংনা তোপ তোপ তাবগুম ঐহাক্না ইশাবু তোঙান তাহল্লমই।

অসুক শাংথকবিব্যসিনা কবিগীদমক্তনো ' লোযবা খম্বা লৈত্রিবা নিযম অসিনা কদায়ৱাইদা লোয়বক্কদৌনিবা ' কবিগুম্বদা পুকনিং ওযাং তশোযবনা, পামহনবা শকক বাৎলকপনা, ঐহাক ইশাবু ইনাম নমহল্লি, মবী শুকলৈ লৈনহন্দনা মদুদগী ইশা কোম.থাকহন্নবা লাকনবমই। মসিনীদমক ঐহাক্কী বাখলনা মতোমতা খুট শেনজবম্মী তথা তথা, ইশানা হোৎননদগী হ দি ঐহাক্না হেক হেক খংলকইশা থৌদোক অদুগী কান্নবদু ঐহাক্না লৈহল্লমদে। অদুগা অসুন্নসু ঐহাক্না খল্লমই ° থাম্বা যামদবা খবমখৈ ঐহাক্না ঙমলে হায়নসু ইতোমতা খঙবম্মী। ঐহাক্না তোকথোকনিংবগী থম্মোইনুংদা নে টা, কশামকমগা মান্নবা ইতৌ কযা লাকপনা ঐহাক্না তোকনিংবগী ইশামক অকিবা পোকলম্মী। ইথা থাজদনা, ইশা ঙাকথোকচবগী পাঙ্গল মাংখি, ইশা বাই শংহন্নিংবা ৱাখলসু ব্রা লৈবক্তে।

খবদ ওইববসু নহাক্না হোৎনদুনা ঙমজখিবদু ওম্বোক্না কান্নবকই; ইতেং পাংলকই। তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈনা-লৈনা মদুগা ইশাগা অনিগী মবক্তা লৈবা শকক তোখাই তোঙান তাহল্লমী, মদু তোঙানবা মওং অমনি হাযনা লৌবম্মী। কবিগুম্বদা পুং অমা/অনি ঐহাক্না লেপ্পা শিজিন্নবমই, ঐহাক্না হন্না খল্লম্বা শকক কাওথোকলকই; চীক্লবা ঐগী ৱাখলগী কানুংদা পোত্থাবমই, অসুম্না মতম খবা ইপুন্সি লেপ্লমই। মবমসিনা কবিগুম্বদা পুন্সিগী খোংচৎ অনি অমতা ওইনা পুনশিল্লমই; থান্নবোইদবগুম অনি চেৎনা কোন্নবম্মী অমসুং কাযনবম্মী।

# মরিশুবা পন্দুপ

## অহানবা তাংকক

# সিন্ধু লমদমগী (চাওখৎপা) সভ্যতা

সিন্ধগী মনুংচনবা মোহেঞ্জো-ডারো অমদি নোংচুপ পঞ্জাপকী মনুং চনবা হারাপাদা শীংথানবা য়াবা অতেক-অকায় ফংগ্রবা, সিন্ধু লমদমগী চাওখৎপসি, চহি কয়াগী মমাংগী ওইনা ঐখোয়না ফংলকপা খ্বাইদগী ইহান হানবা শক্তমনি। থায়নগী ওইবা ইতিহাসকী ব্রাখলবু লৈপাক তৌদুনা য়েংউবনা ইহৌহল্লি। লাযবকথীবদি, মফমশিং অসিদা লৈবাক তৌবগী থবক হৌরবা মতুং চহি খরা লৈরগা, থবক'সি লেপখি; অদুনা হৌখিবা চহি তরাহুমদোই বোমদা শীংথানবা য়াবা করিগুম্বা অমতা তৌখিদে। ইহান হানবা লেপখিবনা, হৌগৎলকপা চহি কুন্থ্রাবোম কবিমতা থৌব্রা শাকদবননি। লৈবাক্কী সবকাবগী নুংঙাই য়াইফবা হবাও তয়াম্বনা, মতমদুদা হম্ববা চাং তাবা করিমত্তা লৈবমদে অদুবু মতিক চানা ফগু লৈতে হাযদুনা কহোকলমই (লৈবাক তৌবগীদমক্তদি)। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও থোবকপনা হোৎনরম্বা পুম্বা পুংলেপ লেপহনখি মপুংফানা, লৈবাক তৌথোকপদা ফংবা পোৎচৈ ফাওবা নিংথিনা থমজিনবগী থবক থৌশাবীদে। ১৯৩১ অমসুং ১৯৩৬ তা মোহেঞ্জোডারো অনিরক য়েংলুই। অনিবকশুবা খোংচত্তা ঐহাক্না থেংনখি, তৌথোক্লবা ফুবা দোলান কয়া, নোং-ঈশিংনা অমদি কংলবা লৈঙোইগা য়ান্নরবা নুংশিৎনা মাং-তাকহনবদু। চহি লিশিং মঙা হেন্না, লৈঙোই-লৈপাক্না কুপশিন্দুনা নিংথিনা থনমলবা তুংদা তৌথোক্লুনা নুংশিৎ নুংশা চাহনবনা মচেৎ তানা থুনা কায়হনখি, থায়নগী ওইবা মমল নাইদ্রবা লেমহৌবা অতেক-অকায়শিং ফজনা লেংদনা লৈহন্নবা করি অমতা তৌবীরমদে। মফম অদুদা লৈবাক তৌদুনা কুইথ্রবা থায়নগী পোৎ থীনবা লিংখৎপা অফিসকী মকোক ওইবা অফিসারনা ব্রাকৎখি, শেন মতিক চানা (সরকারনা) পীবীদে, মগাকপু মতেং পাংবীদে, ফুরা দলানশিং তৌথোকপদা চংগদবা খুগু খুৎলায় করিমতা পীবীদে। হৌগ্রবা চহি নিপাললোম অসি কবি তৌখিবগে, ঐহাক করিমতা খংদ্রে; অদুবু নোংম নোংমগী কায়শিল্পকপদি লেপ্পা লৈত্রি হায়না ঐনা নিংই; চহি খরগী মনুংদা মোহেঞ্জোডাবোগী শীংথানবা য়াবা শক্তম মাংখিবা য়ারি।

মসি ঙাকপীবা য়াদ্রবা অব্রাবনি, মসিগী মহুৎশিনবা য়াবা করিমতা লৈত্রবনি; করি লৈরম্বগে হায়বা ঐখোয়না নিংশিংবা খংজিনবা য়াবা হায়ববু অয়েকপা লাই মতমদুগী অমদি ঈশিলহৌবা শক্তমত মঙাইরে।

মোহেঞ্জোডারো, হারাপ্পা অমগা অমগা য়াম্না লাপ্পে। মফম অনিসিগী অকায়-অতোয় পুথোকহৌবসি তানচারুবনি। মফম অনিসিগী মরক্তা থায়নগী মীশিংনা শেম শাবম্বা অতেক-অকায়, লৈনুং চনগ্রবা সহর কয়া, লৈরমখিগনি হায়বদা চিংননিংঙাই করিসু লৈতে। ভারতবর্ষগী অয়াম্বা মফমদা মকুওইনা অব্রাংথংবা ভারত্তা সভ্যতাগী খুদম্না পাক-চাওনা শন্দোক্লুনা লৈরি হায়বসে অশেংবনি। ভারতবর্ষগী কুইথ্রবা মতমগী মীশিংনা শেমগৎ শাগৎলম্বশিং পুথোক্লবা অমদি মতম চংনা পুথোকপগী থবক পায়খৎনবা খুদোংচাবা মতম লাকখিগনি। পঞ্জাবকী মনুং চনবা অম্বালা প্রদেশ অমদি নোংচুপ্তা কাঠিয়াব্রার ফাওবদা লৈরম্বা সভ্যতাগী অতেক অকায হান্না পুথোকগ্রবনি। গঙ্গা তুরেলগী লৈতেম মান্নবা লমদম ফাওবা মসি শন্দোকগ্রি হায়বসি থাজবা য়াবা মবম লৈ। মরমসিনা সিন্ধু তুরেনগী লমদমগী সভ্যতাদগী থোয়না হেন্না মসিনা পাক-চাওথোকগ্রি। মোহেঞ্জোডারোদা ফংবা ইদুনা থনম্বা লাইরিকশিং অপুম্বা মশিংশুনা মপুং ফানা ফংবা ঙমদ্রি।

ঐখোয়না খংজিল্লিবা অসিফাওবা ওহ্বোক্লা অর্থ লৈরবনি। ঐখোয়না থেংনবিবা সিন্ধু লমগী সভ্যতা অসি য়াম্না খুমাং চাওসিল্লবনি; ফিবম অসি তাবদা চহি লিশিং কয়ামরুম চংগনি। কনাগী লমজিং মখাদা চহি কয়ামকম চংনা সেমগৎলকুনা সভ্যতা অসি ওইরকইবনো, ওহ্বোক্লা ঙক্লা থোকই; মতমদুদা লৈবক্না ধর্ম্মগী চৈফুনা সভ্যতা অদুবু খুদুম চনশিনবা ঙমদে। তশেংবমক ভাবতকী তুংদা ওইরক্কদবা সভ্যতাবু মসিনা চুম্না লমজিংলি।

সাব জোন মার্শেলনা ঐখোয়দা হায়, "মোহেঞ্জোডাবো অমদি হাবাপ্পা অনিদা তোমথীন ফংইবা অসি সেংলবা লান্দ্রবনি মফম অনিসিদা উনবিবা সভ্যতাগী শকক সি ইনৌ নৌবা নত্তে; ভাবতবর্ষগী লমদমদা চহি কয়ামকম কুইববা অকনবা ধাতুগী মপাক্তা ইবমইবসি চহি কোটি কায়মকমগী মমাংদা মফমসিদা লৈবক্না মীশিংনা হোৎনরম্না, তৌবম্না থবক্কী খুদমনি। পাবস্য, মেশোপোটেমিয়া, ইজিপকুম সভ্যতাগী থবক্তা খুমাং চাওশিল্লমলবা অমদি খোংদাবমলবা – খ্বাইদগী মকওইবা লমদম অমা ওইনা ভাবতবর্ষসু খ্বাইনা মশক খংজিনবা তাবনি।" অমসুং অসুম্না হায়বক্মী, "ভাবতকী অতৈ অতোপ্পা লমদি লায়বদুনা পঞ্জাব অমসুং সিন্ধুনদা লৈবমইবা সভ্যতা অসি অমগা অমগা মবী লৈননা, তোমথীন, ওইনা চাং নাইনা, মশা মশাগী ওইনা চংশিল্লন্নবা চাওখৎ খোংথাংনি; অদুগা মেশোপোটেমিয়া অমসুং ইজিপনা শামান-লেংমান্নবা ওইদুনসু হীবম খবদদি ভাবতবর্ষনা মাংজিন থাই, মকোক থংই।"

সিন্ধু লমদা লৈরম্না মীশিংগা, মতম অদুদা লৈবক্না সোমেবিএনগী সভ্যতাগী মবী য়াম্না লৈনবক্মী। অক্কাডদা ভাবত লল্লোনবশিংগী লমদম, ভাবতকী লোয় ওইনা লৈবমই মদুমক্লা প্রমাননি। "টাইগ্রিস অমসুং ইউফ্রেটিস তোর্ব্বান্দা লৈবা বন্দব কৈথেন্দা, সিন্ধু সহবদা শাবা পোৎ যৌবমই। মদুগী ওন্নবা ওইনা সমাবিয়ানশিংগী খুৎ শা হৈবগী পোৎ, মেশোপোটেমিয়াগী ইকজবদা চংবা পোৎচং ভাবত (সিন্ধু সহব) য়ৌবকখি, শানা মতুম তানা ওনবা (মোহব সিল) গী মতৌ সিন্ধু লমদা তম্নবমই। অকে-অমৌগী পোৎ অমসুং শাবদা চংবা মচাকতনা লল্লোলপোৎ ওইবমদে; আবব সাগবগী সমুদ্র মপান্দা ফাবা ঙা চাং নাইনা, শকক য়ামনা মোহেঞ্জোডাবোদা চানবা চিঞ্জাক ওইনা থাবকলম্মী।

অদুক কুইখ্রবা মতমদুদা ভাবতবর্ষদা ফীবোন শাবদা লশিং শীজিন্নবমই। সিন্ধু লমগী সভ্যতাগা; মতম অদুমক্তদা চাওখৎমিন্নবমবা ইজিপ অমসুং মেশোপোটেমিযাগা অসুম্না চাং তমনবমই, "খ্বাইনা কান্নদে হায়না ঙাংনদ্রবা শকক খব হায়ববদা চহি ২,০০০ নত্রগা ৩,০০০ গী তুংদা লশিংনা ফীবোন শাবসি ভাবতবর্ষতদা মকওইনা শাবমই; পৃথিবীগী নোংচুপ হাবমদা খংনবমদে। মোহেঞ্জোডাবোদা লৈবক্না মীশিংগী ইকজফম খোংহাম্ফম য়াম্না নিংথিনা য়াওনা শাবা ময়ুমশিংগা চাং তম্নবা য়াবা ইতিহাস এশিয়াগী কবিগুম্না লমদা, কবিমতা লৈবমদে হায়বা ঐখোয়না খংই। লৈবাকশিং অসিদা লাইগীদমক ঋগ-মগ তৌবা লাইসং, কোনুং, নিংথৌশিংগী মোংফমদা শাবা ফুবা অসিনচিংবা শাবদা খুৎচাও থানা শবচ তৌদুনা বাখল য়াম্না চংনা শানবমই অদুগা মফমদুদা লৈবা মীশিংনা মমিংত ওইবা লৈবংতাখত্তুনা সাবা যুমদা লৈবদা মখোযনা ইপেন পেঞ্জবক্মী। মসিগা সিন্ধু লমগী ওইবক্না দৃশগদি তাইওন্নবনি; খ্বাইদগী ফজবা অফবা য়ুম দলান পূম্নমক সহবগী মীশিংনা লৈবদা নুংঙাইনবা খুদোচানবা ঙাক ওইনা তৌই।" মোহেঞ্জোডাবোদা ঐখোয়না ফংইবা, মীয়ামগী (পব্লিক্কী) লনাইগী ইকজফমসিং লোয়ননা খ্বাইদগী ফজববা ঈশিং ইবম শেন্নম্বগী নিয়ম অসি ঐখোয়না পুথোকপা খংলকপা অতৈ মফম অমতদা উদে, মসিনা ইহান হানবনি। নিংথিনা মৈ ইকলবা চেক্লা শাবা মথোন অনিগী লনাই লৈনবা দালন য়ুম কয়া অমা লৈবমই; য়ুম-দলালশিং অসিদা ইকজফম কা কয়ামকম, থোংঙাকপনা লৈনবা কা লোযননা মীনাইশিংনা লৈনবা কা য়াওবি।

লৈবাক তৌবগী মশানা দায়ি তৌজববা, সিন্ধু তুবেলগী মপানদা তাবা লমগী সভ্যতাগী মবমদা মহাক্লা হায়বগা লোয়বে হায়না খ্বাইনা য়ানববা মার্শেলনা হায়বা অমসু লৈরি মহাক্লা হায, "ইগুজ ভেলিগী তোপ-তোপ্পা লোয়ননা মফমদুদা লৈবক্না মী খুদিংগী ওইবা, লমচৎ-শাজৎকী মান্নবা চাংচৎতি মতমদুগী কলা অমদি ধর্ম্মনি। চীনামটিগুম্না অকনবা শকক্লা শাবা য়াও, হুই, অতৈ শাশিং অমদি মনুংচন্না মোহবদা (Seal) শা-ঙা হকপা অদুগা মান্নবা, মতমদুদা কবিগুম্না লৈবাক্তা শুকলৈ লৈতে হায়বা ঐখোয়না খংই; মসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মমিং চৎপদি মকম কাবা মচী তেনবা কাওজাওশিংনি –

মখোয়বু শারম্বা ফজরবা কলাকারগী ৱাখল চংলবা মওং, অতৈ লমগী কলাকারনা শারম্বনা শোকপা ঙমদে; গ্রীক্তা ইবা শাবনা মতম'মা ফনা চাওখৎলকলবা ফাওবদা, হারাপ্পাদা ফংবা পীকতকপা মীগী মূর্ত্তি অনিদুগী নিংথিজরবা মওং মরিনগা লন্বা তৌবা ফাওবা ওইথোক্তবনি। সিন্ধুদা লৈরম্বা মীশীংনা চংলম্বা ধর্ম্ম, তশেংনমক; অতৈ চাওখৎপা লমদা চংলম্বা ধর্ম্মগা মান্নবা চাংচত্তা লৈরমই। ইতিহাস হৌগ্রিঙেদা অমদি ইতিহাস ইনরকলবা মতমদা চংলম্বা ধর্ম্মশিংনা অচুম্বা প্রমাননি। অমত ওইবা মিৎয়েংনা পুন্না য়েংলবদা মখোয়না চংলম্বা ধর্ম্ম অদু ভারতকী ওইবা ঙাক্লি, হৌজিকমক চংলিবা হিন্দু ধর্ম্মগা করিমত্তা খেৎনদে।

সিন্ধু লমগী সভ্যতা, হৌমিন্নবা পারষ্য, মেশোপোটেমিয়া অমসুং ইজিপকী সভ্যতাগা মরী লৈনরমই, লল্লোনমিন্নরমই; অদুমদি ওইরগা হীরম খরদা মহাক্লা (সিন্ধু লমগী সভ্যতানা) মকোক থোংলমই হায়বা ঐখোয়না খংলবনি। সহরতদা হায়রিবা সভ্যতাসি লৈরমই; মফমসিদা লৈরম্বা লল্লোনবশিংদি ইনাক কৈরাক খুল্লি, তশেংনমক কান্নরবা থৌদাং অমা মখোয়না পাংথোকলম্মী। লম্বীগী নাকল অনিদা দুকান পরেং পরেং শারমই; দুকানশিংদু পীকতকই; অদুবু মাদু ঙসি ভারত্তা লৈরিবা কৈথেনশিংগা মান্নবা শক্তমনি। প্রোফেসার চাইল্ডনা হায়, "সিন্ধু সহরদা লৈরম্বা খুৎ শা হৈবশিংনা হেক ঙম্মখৈ শারম্বা পোৎ অমদি পোথোক অদু কৈথেন অদুদা য়োন্নবগীদমকনি। লৈরমবা থোক্লবদি, মতমদুগী সমাজদা করম্বা মখলগী শেল অমদি শেলগী শেলমান্নবা মমল লেপ্পুনা লল্লোনপোৎ ওম্বোক-ওনশিন তৌবদা (লৈন-য়োন্নবদা) খুদোং চানবা শিল্লম্বগে হায়বদু তং-তাবা খংলমগদবনী। কেনা-মৌনা মমল চংনা শাবা য়ুম দলানদা পুঁকৈগী শরুক য়াওরমলবদি য়ুম-দলান অদুগী মপু অদু সদাগর-লল্লোনবা মীনি হায়না খংনরমই। হায়রিবা য়ুম-দলান্না চাওরবা অমদি মশীং য়ামলবদি মফমদু খুৎকন পাঙ্গল্লবা, চাওখৎলবা, লল্লোনবা কাংবুনা লৈরম্বনি। অসিগুম্বা অতেক অকায়গী মফমদগী স্না লুপানা শাবা লিক-কোন, মমল য়ামলবা নুং অমদি মণি মুক্তানা শাবা মূর্ত্তি, কোরিনা য়ৈথোক্তুনা শাবা কোল্লিক, য়োৎনা চিংবা ধাতুনা শাবা খুৎশু-খুৎলায় — অসিনচিংবগী অঙকপা ফংনা চাওরবা পুঁখৈ লৈরমই।" চায়ল্ডনা অসুম্না অমুকসু হায়রম্মী, "নিংথিনা প্লান তৌরগা শেমবা লম্বী-থোং, ওম্বোক্লা ৱাখল চংনা শেম্নম্বা-তৌরম্বা ঈশিং-খোংশিং, ঈশিং-খোংশিংবু নিয়ম নায়না চাং নায়না শেংদোক্লবা — পুন্নমক অসিদা হৈ-শিংলবা চাং নায়রবা সহর শেম্বা (ম্যুনিসিপালগী) সরকারগী মমি শেংনা তারি। সহর শেমগৎপগা মরী লৈনবা নিয়মবু ঙাক্লা চেকশিন্না চংনবা, লম্বী শোরোক্কী মরিন, য়ানবা মতুংইন্না শেমসানবা, ঈশিং ঈচাওনা থুগায়খিদুনা শেমদবা য়াদদুনা অমুক হন্না শেমগৎ শাগৎপা য়ুম-দলানগী মরক্তা লম্বী মচা মচা গল্লি শেম্লবা ম্যুনিসিপালিটিগী অকনবা হুকুম তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈরম্মী।

সিন্ধু লমগী সভ্যতাগা হৌজিক ভারতবর্ষদা ওইরিবা ফীবমগা অনিগী মরক্তা অহাংবা শরক শিবা মতম অমা শাংনা লৈরমই; মদুগী মরমদা ঐখোয়না করিমত্তা খংদ্রে। মতম অমগা মতম অমগা অনিগী তায়নবা শরুক্কী অচুম্বা প্রমান অমত্তা ফংদ্রে; তশেংনমক শরকসিদা থৌদোক কয়া থোকখ্রে, অহোংবা কয়া লৈখ্রে। সিন্ধু লমগী সভ্যতা মতম'মা ফনা লৈরিঙৈ চহি লিশিং তরুক তরেৎকী শাংপ্রবা মতমগী মতুংদগী ঙসি ওইরিবা ভারতবর্ষগী ফীবমসি ফাওবদা তৎপা লৈতনা মথং মথং চত্থরকপা মরী অমদি লৈরকলি। তত্তনা চত্থরকইবা চংনবী অমদি লমচৎ শাজৎ, মীয়াম্না য়ানদুনা চত্থরকইবা ধর্ম্ম কর্ম্ম, খুৎশা হৈবগী থবক অদুদগী হেন্দুনা তোঙান তোঙানবা মওংগী ফীজেৎ চাকচাগী মরমদা মোহেঞ্জোডারো অমদি হারাপ্পা লৈরম্বদুনা কয়া য়াম্না ঐখোয়বু নিংশিংহনবগে হায়বসি ঙক্লা থোকলি। মসি পুম্বসিনা নোংচুপ এশিয়াবুসু ওম্বোক্লা কন্না লাকশিল্লমই।

ভারতবর্ষগী ৱারী পাবদা ইতিহাসনা হৌগৎলকপা মতমসিদা, কপকনবা অঙাংমচা অমগুম, মপুং মরৈ ফাদবা ভারত ওইনা উদে, অহোইননা হীরম খুদিংদা মপুং মরৈ ফানা চাওরবা অমা ওইনা উরি, মসি খল্লুবদা নুংঙাইবা পোকই। পুন্সিগী খোংচত্তা চুমদ্রবসু, শেরান-তুরান্নবা মংদা, মংলাক্লরবসু, থাজবা য়াদ্রবা লাই-তিনগী সংসার অমা ওইরবসু, মপুংফানা খুৎশা হৈবগী চাওখৎ লম্বীদা, নুংঙাইরবা পুন্সি সাগরদা, ফজবা পোৎকী তুংনফম ওইবদা, অদুদগী হেন্দুনা কান্নরবা, হৌজিকমক চাওখৎপগী ফীদমনফম ওইরবা খুদমদা — অফবা ফজরবা ইরুজফম অমদি ইরম শেম্বদা, ভারতবর্ষ পংনোপ নোপতে।

# মরিশুবা পন্দুপ

# ভারত ফোংবা

## অনিশুবা তাংকক

## অর্য্যশিংনা লাকপা

সিন্ধু লমগা সভ্যতাগী মতমদা লৈরমলিবা মীশিং অসি কনানো, করি লমদগী লাকপনো ? হৌজিক ফাওবা ঐখোয় খংদ্রি। মখোয়গী কলচর মফম অসিগী (অসিদা হৌরকপা) কলচরনি; মসিগী মরূ অমদি শন্দোরকপা মশা মরেং হৌজিকমক খা-ভারত্তা লৈরি হায়বসি অশেংবা ওইবা য়াবনি, ওইসু ওইরিবনি। মতমদুগী মীশিংগা খা-ভারত্তা লৈবা দ্রাবিদিয়ান অমসুং মখোয়গী কলচরগা মরূওইনা মান্নবা কয়ামরুম পণ্ডিত খরনা ফংই। মমাংঙৈদা মী কাংবু অমনা ভারতবর্ষদা চংলকলমলবসু, মদু মোহেঞ্জোডারোগী হায়নরীবা মতমগী মমাং চহি লিশিং কয়ামরুমগী মমাংদা ওইখিরম্বা য়াই। খুৎশা হৈবগী হীরম কয়া য়েংবদা মখোয়দু ভারত্তা য়েলহৌঙৈদগী লৈরকপা মী কাংলপুনি হায়না মখোয়না লৌবা ঙমই।

সিন্ধু লমগী সভ্যতা করি করম তৌখিবগে, কবম্না লোয়শিনখিবগে ? শন্দোক্লা হায়বা ঙমদবা প্রকৃতিগী কীবা থৌদোক অমনা ইখং খংহৌদনা লোয়শিনখিবনি হায়না মযাম্না হায়নৈ (মখোয়গী মরক্তা গোর্ডোন চার্লসসু য়াওই)। অকীবগী মশক ফংলবা ঈশিং ঈচাওগীদমক সিন্ধু তুবেন খ্বাইনা খংনবিবনি; অদুগুম্বা অকীবা ফংলবা ঈচাও অদুনা সহর অমসুং খুঙ্গংবু মকোক ঙাওহনখি লোয়শিনখি। নত্রগা হৱাপানি ওল্লকপনা লম অদু হেন্না হেন্না কংহল্লক্লুনা লম অদু লৈকংলানা কুপশিনখিবসু য়াই। মোহেঞ্জোডারোগী মাং তাকইবা অসিগী মথক্তা লৈঙোইনা মরোন মরোন কুপশিনখিবগী প্রমাণ ফংই; হান্না লৈরম্বা সহব খুঙ্গংগী মথক্তা কুপশিনখিবা অতোংবা লম মথক্তা তুংদা লৈরকপা মীশীংনা যুম-কৈ শাদুনা খুন্দাখিবা ওইবা য়াই। লৈবাক হন্দোকপদা থেংনবা যুম খবদি মথোন অনি-অহুম শাবম্না য়াওই; মতমদুগী ওইবা ইঙ্খোল অকোয়বদা য়াম্না ৱাংনা লৈপন চেকপন খাগৎপা য়াওই; মসি পূম্নমক অসি খরা খরা ৱাংখৎলকপা লৈমাইগী মতুংইন্না ৱাংনা শাগৎলকপসু ওইবা য়াই। সিন্ধু প্রদেশ অসি থায়না মমাংঙৈদা লৈপাক লৈহাও চেল্লমই; অদুবু মধ্যযুগ অমদি মদুগী তুংদা অয়াম্বা মফম লৈকংলা ঙাক ওইরকই।

হায়রিবা হৱাপানি হোংলকপা অসিনা লম অসিদা লৈরিবা মীশীংদা অমদি মখোয়না হিংদুনা লৈবদা ওঙ্খোকপা অহোংবা ফীভম অমা তাহনখি হায়বসি ওইবা য়াই। পাক্লা শন্দোকপ্রিবা সহরগী পীক্লবা শরুক অমদা ফাওবা মরী লৈনবা চাংচক্তা, থৌদোক খুদিংদা, হৱা পাণিগী মমি তাদবা লৈতে। হোংবা নায়খ্রিবা হৱা-পানিনা গঙ্গা তুরেলগী লৈতেম মান্নবা লমদম অমদি মদুদগীসু হেন্না লাপ্পা লমদম যৌখি হাযবসি থাজবা য়াবা মরম লৈ। মসি কদায় ফাওবা চুম্বা-লানবা অদু খন্নবা য়াবা মতিক চাবা মরম অমসুং প্রমান্দি লৈতে। থায়না লৈবম্না মীশিংবু মকোক ঙাওহনবা, সহরশীংবু কুপশিনখিবা লৈঙোইনা মখোয়বু ঙাকশেন্দুনা থমখিরমই; মতমদুগী সহর অতৈশিং অমদি মতমদুগী ওইবা সভ্যতাগী অচুম্বা শরুক অদুসু খব খর ওইনা ময়েং তাখিবনা, চহি য়ামশিল্লকপা মতুং ইন্না মচেৎ মচেৎ থোক্লা কায়শিল্লকলে। অদুবু তুংদা হৌরকইবা থায়নগী ওইবা পোৎ থীজিন খোমজিনবা কাংবু না লাক্কদৌরিবা চহিগীগা লৈনবা মরী থোয়না মপুং ফানা পুথোকলকখিগনি।

সিন্ধু তম্পাক্কী সভ্যতাগা মতুং তাবা মতমশিংগীগা অনিগী মরক্তা লেপ্তুনা চত্থরক্লুনা লৈনবা মরী অমা লৈ হায়বসি খ্বাইনা অরেপ্পা অমা ওইনা খংনরবসু, মতমগী মতাংদা অমদি মখা তানা চত্থরকপা সভ্যতাগী মতাংদা অকায়বা মতাং নত্রগা শরক শিবা অহাংবা শরুক অমদি লৈরি। সহরনা লেংদনা লৈরমলবসু অদুগা তোঙান তোঙানবা মওংদা সহরদা লৈবা মীশীংগী পুন্সি লেল্লমলবসু, অকোনবা, শকক শরক শিনা লৈরমই হায়বসিগী মতুং তাবদা লৌউ-শিংউবসু হৌরমখিবা

য়াই। অৱাং নোংচুপ হারমদগী তাংথক নায়না ভারতবর্ষদা হাজিল্লকপা মীনৌ-অর্য্যশিংনা লৌ-উ-শীংউবগী থবক্তা থোয়না মপুকনিং চংলমই হায়নসু কন্না হায়রি।

সিন্ধুগী লৈতেম মান্নবা লমদমগী সভ্যতাগী মতুং চহি লিশিং কয়ামরুম লৈরগা অর্য্যশিংনা ভারতবর্ষদা লাকপনি হায়না লৌনরি। মদুগী মতুংদা লেপ্পা লৈতনা কাংবু কাংবু নায়না অৱাং-নোংচুপ্তগী ভারত্তা মী থোমজিল্লকই হায়বসি ওইবা য়াই। চহি কয়ামরুম চুপ্পা মখোয়না চংলক্তুনা মমৈদা ভারতবর্ষগী হান্না লৈরম্বা মীগা তিন্নখি। কলচরগী অহোংবা অমা উরিবসি মীনৌ-অর্য্যশিংগীগা দ্রাবিদ্রিয়ানশিংগীগা খেৎনবসিননি। সিন্ধু লমগী সভ্যতাগী অচৌবা থৌদাং-লৌখিবদি দ্রাবিদিয়ানশিংনি। জাত্তি অনি পুনশিনখিবনা তোপ তোপ্পা মওংদা ভারত্তা ভারতকী মীওই কাংবু অমা ওইরকখি লোয়ননা ভারতকী কলচরসু অহৌবা অমা নায়খি। হোংলকইবা কলচরদা অনিগী অপুনবা মমি তাবা হৌখি। লোয়ননা মথং চহি কয়ামরুমদা জাত্তি কয়ামরুম থোক্লা খায়দোকখি – ইরান্নি, গ্রীক, পার্ঠিয়ান, বেক্টেরিয়ন, সাইঠিয়ান, হুন্স, টর্ক্স (ইসলাম মমাংগী), অহানবা খৃষ্টান, যিউজ, জেরোষ্ট্রিয়ান, ময়ামসি ওইনা খায়দোকনখি, অমগা অমগা খেৎনবা উখি; খরনা ভারত্তা খুন্দাখি। ডোডওয়েলগী মতম মতুংইন্না, ‘‘মখোয়গী মশীং অসুপকী মতিক য়ামই, সমুদ্রগা মখোয়গা চাংদমনখি। মপান্দগী লাকপা জাত্তি অমদি মখোয়গী কলচর, ভারতকী হান্না লৈরম্বা জাত্তি অমদি কলচরগা অমতা ওইনা পুনশিনখিবা অঙকপা শক্তি, লোয়ননা মনুংদা অমুক কাংলুপ মরি (ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, সুত্র) থোক্লা মচাতানা খায়দোকখিবসি খল্লুবদা মরিং মরাংনা থোকই। মতম মতমগী য়াওন মতুংইন্না ভারতবর্ষগী শক্লোন উৎলকপা, অদুমুদি ওইরগা, মাগী হান্না লৈজবা মরুওইবা মতিক মগুণদি লেংদনা ঙাক্তুনা থম্বতনা মসি থোকখিবা ওইবা য়াই। পাঙনশিংনা ভারত্তা লাকপা মতমদা ফাওবা মখোয়বু ভারতনা মাগী শক্তি শীজিন্নদুনা ভাবতকী ওইনা মচু শংখি। ভিন্সেন্ট স্মীটনা হায়, ‘‘মীরৈবাক্কী মীসিংনা (মুশলিম টর্কশিংনা) ভারত্তা হান্না লৈরম্বা যুছটি অমদি সিখশিংগুম্না (মখোয়গা মান্ননা) অঙকপা মওংদা হিন্দুগী শক্তিগী মখাদা য়ামনা থুনা হিন্দু ওনখি।’’

# মরিশুবা পন্দুপ

## অহুমশবা তাংকক

# হিন্দু ধর্ম্ম করিনো ?

'হিন্দু ওনবা' অমদি 'হিন্দু ধর্ম্ম' হায়বা ৱাহৈশিং অসি ভিন্সেন্ট স্মীটনা মাগী ৱাহৈ পরিংদা শীজিন্নর্বান। ৱাহৈশিং অসিগী অর্থ পাক-চাওনা লৌদ্রবদি অসুম্না শীজিন্নবদা চুমগনি হায়না খন্দে। ধর্ম্মগী ওইবা অর্থদা যাম্না পীকশিন্না লৌববদি ৱাহৈশিং অসিবু শীজিন্নবনা শেবান্নলা লমজিংবা ওইনা থোক্কনি। মমাংঙৈদা লৈবক্না ঐখোয়গী লাইবিক্তা হিন্দু হাযবা ৱাহৈ অসি শুকয়াও য়াওদে। ৱাহৈ অসি য়াওবা ভাবতকী ওইবা ইহান হানবা লাইবিক্তি নিপানশুবা শদাব্দিদা ইবা তন্ত্রিক লাইবিক অমদা য়াওবনি হায়না ঐঙোন্দা হায়বন্মী; লাইবিক অদুদসু হিন্দূ হায়রগা মীতবু খংনবনি, কবিগুন্না মখলগী ধর্ম্ম চৎপা কাংবুবু খংনবা নত্তে। অভেষ্টাদা অমদি পার্সিয়াগী লাইবিক্তা য়াওবনা ৱাহৈ অসি য়াম্না কুইববনি হাযবসি শেংলবনি। চহি লিশিং অমগী মমাংদা নোংচুপ হাবমদা, ময়াই থংবা এশিয়াদা, লৈবা মীশিংনা ভাবতবর্ষদা লৈবা মী খংনবা ওইনা শীজিন্নবক্না যাম্না কুইববা ৱাহৈনি, সিন্ধু তুবেনগী নাকল অসিদা তাবক্না মীতবু খংনবা ৱাহৈ নত্তে। হিন্দু হায়বা ৱাহৈসি সিন্ধুদগী থোকখিবা থাযনগী ওইবা ৱাহৈনি, অদুগা হৌজিক ফাওবসু শীজিন্নবি; ইংলিশজবু ভাবতবর্ষদা সিন্ধু হাযনা খংনৈ। সিন্ধুদগী হিন্দু, হিন্দুষ্টান, ৱাহৈশিংসি থোবকপনি অসুন্না ইংলিশজদগী ইণ্ডিয়া থোবকপনি। তবেৎশুবা শদাব্দিদা ভাবতবর্ষদা লাক্লক্না চীনাগী অফাওবা লম কোযবা আই সিংগা (I-tsing) মহাক্না লম কোযবগী লাইবিক্তা ইবমই, "অরাং থংবদা লৈবা জাতি হাযবদি মযাই থংবা এশিয়াদা লৈবক্না কাংবু ভাবত্তা হিন্দু কৌবিবসি (সিন-টু) (Hsin-tu)" মহাক্না অমুক্কা হন্না হাযবম্মী, "ভাবতকী মফম শিনবা থুংনা লৈবিবা মীপুম খুদিংদা কৌনবা মিং নত্তে . . . . . . ভাবতবর্ষগী চপ চাবা মিংদি পুকচেন চাওবা লম (আর্য্যদেশ) হাযবনি।" কবিগুন্না ধর্ম্ম অমগী মবী লৈননা শীজিন্নবিবা "হিন্দু" হায়বা ৱাহৈ অসিদি কোন্নথংদা য়াম্না থেংনা থোবকপনি।

ভাবতবর্ষদা ধর্ম্মগীদমক হাযনবকপা কুইববা মতমগী ৱাহৈদি আর্য্য ধর্ম্ম হাযবনি। ধর্ম্ম হায়বগা সাধাবণ ধর্ম্ম (Religion) দগী হেন্না পাক-চাওথোক্না খংনগনি। মসিগী মরুওইবা ৱাহৈগী অর্থদি পুনশিনবা হাযবনি; মসি পোৎ অমগী মনুংগী ওইবা নিযমনি মনুং চনবা আইননি। চৎনবোলদা শাজৎ লিচৎ, ধর্ম্ম-কর্ম্ম অমদি মীওইবনা তৌফম থোকপা মথৌ অমদি দাযি পুন্নমকপু খংনগনি। আর্য্য ধর্ম্ম হাযবগা ভাবতবর্ষদা হৌদোকখিবা থাজবা পুন্নমকপু (বেদ অমদি বেদ নত্তবগী ওইবা) খংনগনি। বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা মীশিং জৈন ধর্ম্ম চৎপা কাংবু অদুদগী হেন্দুনা বেদশিংবু চৎপা কাংবুশিংনা শিজিন্নবা ৱাহৈনি। মুক্তি ফংনবা লম্বীবু বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা কাংবুনা আর্য্যপথ হায়না কৌই।

মমাংঙৈগী মতমদা বেদিক ধর্ম্ম হায়বগা মরুওইনা ৱাখল চংবা ৱাখলদগী পুথোকপা নিয়ম, লমচৎ-শাজৎ তন্বীবা শরুক, যজ্ঞ-পূজাগী নিয়ম শম্না হায়ববদা বেদদগী থোবকপনি হায়না নিংনবা নিয়মবু খংনবম্মী। মরমসি বেদগী নিয়ম মখাদা চৎলিবা কাংবু পুন্নমক বেদ-ধর্ম্ম চৎপা ঙাক্লি।

বুদ্ধ ধর্ম্ম, জৈন ধর্ম্ম অসি হিন্দু ধর্ম্ম নত্তে অদুগা বেদিক ধর্ম্মসু নত্তে। অদুম্নদি ওইরগা ধর্ম্মশিং অসি ভারতবর্ষদগী হৌখিবা ঙাক্লি; ভাবতবাসীশিংগী পুন্সিগী কলচবগী, ৱাখলগী, মরুওইবা শরুক ঙাক্লি। বুদ্ধ ধর্ম্ম, জৈন ধর্ম্ম হায়দুনা ভাবতবর্ষদা চৎনরিবসি চামগী মনুংদা চামদি ভাবতকী ওইবা ৱাখল অমদি কলচরদগী থোকখিবা ঙাক্লি অদুগা হিন্দু ধর্ম্মদি থাজবা অমগী মখা পোল্লি। মবমসিনা ভাবতকী ওইবা কলচববু হিন্দু কলচবনি হেক হায়বদি লান্না লমজিংবা ওইগনি। কায়নথংদা, কলচর অসি ইসলাম্না মপুং ওইনা খুদুম চনশিল্লমই, অদুবু মরুওইবা শরুক্তি লেংদবা ভারতকী ওইনা

তোপ-তোপ্পা লৈরমই। নোংচুপ মাইকৈদগী হৌরকপা খুৎশা হৈবা সভ্যতাগী মহি ময়াই কল্লবা শরুক অসি ঙসি তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা চামা থোক্লা খন্নরি। মসিগী করি ফল ওইরগদগে হায়না শম্পৎনা হায়বদা লুনা থোকই।

হিন্দু ধর্ম্মদি ধর্ম্ম অমা ওইনা চয়েৎনৈ, মওং মরিন নায়দে, মমাই য়ামই মীপুম খুদিংদা শক্লোন তোঙান তোঙান উৎলি। মসিগী সংগ্যা হায়বদা (ওইথোক্তবা ওইনা থোকই) ৱানা থোকই, ৱাহৈনা ফোংদোকপা ঙমবা শরুক্লা মসি ধর্ম্মরা ধর্ম্ম নত্তব্রা হায়না ফোংদোকপা ওইথোক্তবনি। হৌজিকমক অমদি মমাংঙৈগী মতমদা ওইরম্বা মওংদা, খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তগী খ্বাইদগী শোনবা থাক্কী থাজবা অমদি অজা-পুজাগী থবক পুম্নমক য়াওশিল্লি, অয়াম্বা মতমদা অমগা অমগা মত মান্নদে তায়ওন্নৈ। মসিগী মরুদি হিংবা নত্রগা হিংহনবনি। মহাত্মা গান্ধিনা মসিগী সংগ্যা তৌনবা হোৎনরমই; মহাক্লা হায়রমই, "হিন্দু ধর্ম্ম করিনো হায়না ঐঙোন্দা হংলবদি, ঐহাক্লা ইচম চম্না হায়নিংই; অহিংসাগী পাম্বৈনা অচুম্বা করিনো থীবনি। মী অমনা ঈশ্বরবু থাজবা য়াই, অদুম্নদি ওইরগা মশামকপু হিন্দুনি হেক্ত হায়। অচুম্ববু ফংনবা তান্নরি, অৱাবা খাংনা, হিন্দু ধর্ম্মনা ... ... ... অচুম্বগী ধর্ম্ম অদুমক হিন্দু ধর্ম্মনি। অচুম্বদি ঈশ্বরনি। ঈশ্বরগী ৱায়েনবুদি ঐখোয়না খংই। অচুম্বগী ৱায়েলদি ঐখোয়না খংদে।" মহাত্মা গান্ধিনা হায়, "অচুম্বা অমদি অহিংসা অমতনি।" অদুবু মশক নায়বা, চিংনবা লৈতনা তাজগনবা হিন্দুশিংনা হায়, গান্ধিনা খংলিবা হায়রিবা অহিংসা অসিদি হিন্দু ধর্ম্মগী মরুওইবা কান্নবা শরুক নত্তে। হিন্দু ধর্ম্মনা তোপ তোপ্পা তোমথিন ওইনা মশক নায়না থনম্লবা শরুক অদুনি, ঐখোয়না অচুম্বা হায়না লৌরিবসি। অওইবমক মসিনা সংগ্যা ওইবদি শুকয়া য়াবোই।

ভারতকী ওইবা কলচরগী মতাংদা হিন্দু নত্রগা হিন্দুইজম শীজিন্নবদি পামদে অমদি চুমদে। মমাংঙৈগী মতমদা ইরন্না লাইরিক লাইশুশিংদা য়াওরিবা ৱাখলগী তোঙান তোঙানবা ইচেন্দগী থোরকপা বিষয় পুম্নমক মতম মতমদুগী কলচরবু ফোংদোকপা ঙাক ওইরবসু মতমদুগী ওইবা শরুক্কা মরী লৈনবা ওইনা হিন্দু অমদি হিন্দুইজম্না ভাবতকী কলচবরু ফোংদোকপা ওইনা শীজিন্নবদি চুমদে, পামদে। ঙসিমকসু ভারত অসিদা ৱাহৈশিংসি (হিন্দু, হিন্দুইজমসি) শীজিন্নবদি যাম্না শাল্লি। থাযনঙৈদগী লৈরকইবা থাজবা অমদি দর্শণ শাস্ত্রনা পৃথিবীদা হিংদুনা লৈনবা অমদি হিংনবগী আসা ওইনবা মরুওইবা লম্বী অসুক্কী মতিক কুইনা ওইরিবা মখৈ মখোয় অসি ভারতকী কলচরগা চাওরাক্লা মান্নরিবনি; অদুম্নদি ওইরগা, লৈফম থোকপা ওইফম থোকপা আয্যা-পুজা অমদি কর্ম্মগা লোয়ননা থোয়না হেন্না কনশিনবা ধর্ম্ম ওইরকপা মতমদা, ময়ামসি পুনশিল্লগা ওইরকইবা কলচরদগী মসিনা য়াম্না হেনবা নত্রগা য়াম্না ৱাৎপা অমদি ওইরকই। খৃষ্টান অমা নত্রগা মুসলমান অমনা ভারতকী ওইবা পুন্সি অমদি কলচরবু ইরাই লায়না, তত্তনা লৌশিনবা ঙমই, লৌশিল্লমই অদুম্নদি ওইরগা খৃষ্টান ধর্ম্ম নত্রগা ইসলাম ধর্ম্মবু য়াম্না থাজবা অমদি থাজনা চৎপদি লেংহনবা ঙমদনা কায়দনা অদুম মরৈহৌই। মহাক মশামক, ধর্ম্ম শুকহোং হোংদনা ভারতকী ওইবা মচু লায়না শংজিল্লি, ভারতবাসি ওই।

লৈবাক, কলচর নত্রগা চংনবীনা তত্তনা হোংলবসু মরী তৎপা লৈতনা চথরকইবা ইতিহাস্তা শীজিন্নরিবা 'ইণ্ডিয়ান'গী অচুম্বা ৱাহৈদি 'হিন্দি' নি; 'হিন্দি' হায়বা ৱাহৈসি হিন্দুষ্টানগী অশম্বা ৱাহৈনি। 'হিন্দ' হায়বা ৱাহৈ অসি 'ইণ্ডিয়া' গী মহুৎ শিনবা ওইনা হৌজিকমক শীজিন্নরি। নোংচুপ এশিয়াগী লৈবাকশিংদা ইরান্দা টর্কিদা ইরাগতা আফগানিষ্টান, ইজিপনচিংবা অতৈ লৈবাকশিংদা 'হিন্দ' হায়রগা 'ইণ্ডিয়াবু' খংনবি, 'হিন্দ' হায়না ইণ্ডিয়াবু কৌনরি। ভারতকী ওইবা পোৎ খুদিংমকপু 'হিন্দি' হায়না কৌনরি। 'হিন্দি' হায়বা ৱাহৈগা ধর্ম্মগা মরী করিমতা লৈনদে, ভারত্তা লৈবা মুসলমান, খৃষ্টান, পুম্নমক হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীগুম্না হিন্দি হায়রগা খংনৈ। ভারত্তা লৈবা মীশিংবু আমেরিকাদা লৈবা মীশিংনা হিন্দু হায়না কৌবদা করিমত্তা লান্দে; অদুবু মখোয়না হিন্দি কৌরবদি অমুক হেন্না মরিক চুম্না চুমগনি। লাইবক থীবদি, 'হিন্দি' হায়রগা ভারত্তা চংনরিবা সংস্কৃতকী দেবনাগরি ময়েকপু তমজদুনা ভারত্তা চংনরিবা ময়েকপু খংনম্রে; মরমসিনা 'হিন্দি' গী পাক চাওনা শীজিন্নফম থোকপা মওং অমদি অর্থ থোকনবা মশাগী ওইবা শক্তমবু শীজিন্নবদা লুনা, ৱানা থোক্লে। হৌজিকমক চংনরিবা খেৎনবসিনা ময়েং তারবা, মুৎশ্রবা মতমদা মশাগী ওইজবা থোয়না হেন্না মপুং ফাবা মওংদা ঐখোয়না শীজিন্নবা য়াগনি। ঙসি, হিন্দুষ্টানি হায়বা ৱাহৈ অসি ভারতকী ওইনা শীজিন্নরি; তশেংনমকসু ৱাহৈ অসি হিন্দুষ্টান্দগী থোকপনি। তৌইগুম্বসুং মসি হায়মনবা

থোকই; 'হিন্দি' গুম ইতিহাস অমদি কলচবগা মসিগা মরী লৈনদে। থায়নগী ওইবা ভাবতকী কলচবদা 'হিন্দুষ্টানি' হায়নবা ৱাহৈ শীজিন্নবদা মবিং মবাংবা ওইনা শোয়দনা থোক্কনি।

ঐখোয়গী কলচবগী মীবোন কয়ামকম চৎনবক্লবা হীবমদা ইণ্ডিয়ান, হিন্দি নত্রগা হিন্দুষ্টানি হায়বা ৱাহৈশিং অসি য়াই হাযদুনা হেক শীজিন্নব্বদা, ভাবতকী দর্শণ শাস্ত্রগী মিৎযেংদগী থোবকপা মচাক কয়া মকওইনা পুনশিনবা, থম্মোইনুংদা পোকপা ৱাখলগী অপামবা শকক অদুতনা, ভাবতকী ওইবা কলচবগী অমদি জাত্তিগী ওইবা চাওখৎ থৌবমদা তোমথিন ওইবা শকক হেক্তা য়াওবকপসি, থাঙ্গনগী ওইবা হৌখ্রবা ভাবতকী কলচবদা ঐখোযনা হেক্তা উই। মপানগী মচাক (মীবৈবাক্কী মচাক) হেক যাওশিল্লকপদা ঐখোযগী কলচবদা যাওবিবা মহাক্কা হেক্তা মুক্লকই; অদুবু অনৌবা মওংদা শিঞ্জিন্দুনা য়াওশিনবা য়ানবা সেমদোক শেমজিন তৌববতদা তিনশিনবা য়াই। অসুম্না যানশিন্নবনা মপাঙ্গল কনখৎহল্লি, ফজবা হেনগৎহল্লি, (হান্না লৈবম্না অশেংবা কলচবনা, নৌনা চাং যেংবদা লুম্না লেম্না হেল্লি) অদুবু মহৌশাগী মশাগী ওইবা মকওইবা শকক্তি ময়েং তাদে লেংদনা অদুম মবৈ।

# মরিশুবা পন্দুপ

## মরিশুবা তাংকক

# থায়নগী রোকোর্ড, ধর্ম্ম লাইরিক অমসুং লাইগা মীগা শম্নরিঙৈগী ৱারী

ইণ্ডুজ ভেল্লি সিভিলাইজেসন পুথোক্ত্রিঙৈদা, বেদশিং অসিবু ভারতকী কলচর ওইনা ঐখোয়গী লৈজবা, য়াম্না লিরবা বেকোর্ডনি হায়না ঐখোয়না লৌরমই। বেদ – মতমগী মথং মনাও, শোক তারিক লেপ্পরকপদা য়াম্না খৎনখি; ইউরোপকী পণ্ডিতশিংনা হায়রমই অদুগা ভাবতকী পণ্ডিতশিংনা মতম য়াম্না হাইগৎনা পীরমই। ভারত্তা লৈবা মীশিংনা হেক গুম্মখৈ মতম হাইগৎহন্নিংলম্বসি ঙকনিংঙাই ওইবমই অদুম্নদি ওইবগা মদুনা থায়নগী ওইবা কলচবগী কান্নবদী হেনগৎহল্লমই। প্রোফেসর উইন্টবনিজনা নিংলম্বনা বেদগী মতম হৌরকপসি খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈ চহি ২,০০০ নত্রগা ২,৫০০ হাইগৎলি। মসিদা ঐখোয়দদি মোহেঞ্জোডারো মতমগা যাম্না নক্নহল্লমই।

ঙসি পণ্ডিত অযাম্বনা ঋগ বেদদা ইরিবা শৈবেংশিং অসি খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈ চহি ১,৫০০ কীনি হায়না লৌনবি। অদুনা মোহেঞ্জোডারোদা লৈবাক তৌবদা ফংইবা মমাংঙৈগী ভারত্তা ইবম্বা খুৎইগী মতমগা মান্নবা য়ানা লৈবি। অচুম্বা তাবিক্লা অমা-অমবু ওইরবসু মতম অদুদা লৈরম্বা সাহিত্যনা গ্রীক নত্রগা ইজবেলগী ওইনা লৈবিবা খুৎনা ইবা লাইবিকশিং অদুদগী হাল্লি হাযবদি যাই; অদুগা ঐখোয় মীওইবনা লৈজবিবা, মীওইবগী ৱাখলদগী থোকপা, ৱাখলগী মমি তাহৌববা মতমদুগী খুৎইদু, লাইরিকশিং অসিনা উৎলি। মাক্স মুলারনা মসিবু অসুম্না হাযরমই, "আয্যনা ইহান হান্না ঙাংনবম্বা ৱাহৈনি।"

আয্যশিংনা লৈবাক লৈহাও চেল্লবা ভারতবর্ষদা লাক্লগা মখোয়না ইরম্বনি, বেদশিংসে। আর্য্যশিংগী মনুংদগী অভেষ্টনা ইরান্দা, খবা অমা ভারতবর্ষদা চংগ্রিঙৈদা মখোয়গী মহৌশা লৈজবা ৱাখল অমদি জ্ঞানগা লোয়ননা লৈবাকশিং অসিদা চংনখি। ইরান্দা চংখিবা অভেষ্টাগী লোনগা বেদগী লোনগা য়াম্না নকশিন্ননা মান্নৈ; বেদগী লোনগা বেদগী মনুং চনবা মহাকাব্যগী সংস্কৃতকা লৈনবা মরীদগী অভেষ্টাগী লোনগা বেদগী লোনগা অনিনা থোয়না হেন্না নকশিন্নবসি খংনরবনি।

তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মশিংগী মরীদা লৈরিবা, খুৎনা ইবা লাইরিকশিং অসি ঐখোয়না করম্না খন্নবা তারি; মাগী মাগী লৈরিবা লাইরিক অদু খংনরবা ঙাক্লি হাযনা হীবমসিদা কন্না নৈনবা কাংবুনা থাজনরি ? মসিবু মচেৎ মচেৎ থোক্লা খায়দোক্নুনা য়েংবা, অচুম-অরান নৈনবা অমদি মীনা ইবা ওইনা উবনা, অচুম্বা থাজরিবা কাংবুবু মরান শিবনি। অদুম ওইনমক মসিবু খন্ননবা অতৈ অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে।

ধর্ম্মগী লাইরিক পাগদবদা মতম পুম্বদা ঐহাক্তি নিংহন্নিংবা পোকই। মাইয়োক য়ানা ৱেৎপীনবা কনা লৈত্রবা মীওইনা মাগী অমদি মাগী কাংবুগী ফনবা, মখোয়না অচুম্বনি খঞবা কয়া হায়রবসু মদুনা ঐঙোন্দা করিসু তৌবা য়ারোই। ঐহাক্লা উবা, মপান্দতা চুম্বোই নিংবা, ধর্ম্মগা মরী লৈননা তৌবা থবক্লা, মদুগী হৌরকফম মরূ তান্না থীজিন্নবা ৱাখল অমদি পুক্লিং থৌগৎপা ঐঙোন্দা পোক্তে। অদুম ওইনমক লাইরিকশিংদু পাবদি তায় মরমদি খংদবা হায়বসে অপং তায়, ধর্ম্ম-থোক্তে; খংজিনবনা ফত্তবা লৈতে। মসিগী মনুংদা খরদি মীওইববু শুদ্ধৎপা ওম্বা শক্তি লৈ হায়বা ঐহাক মুন্না খংই; অসুম্না শুদ্ধৎপা ওমইবা মখোয়দুগী খুৎথাং য়ৈনা চথরক্নবা শক্তি-মপাঙ্গল লৈ, মদুগীসু মথক্তা মশাগী মগুণ, শুদ্ধৎপা ওম্বা শক্তি, লোয়বা নায়দনা থোরকপা মপাঙ্গলগী হৌফম পুম্নমক লৈ। মসিগী শরুক অয়াম্বা পাবদা ঐঙোন্দা য়াম্না ৱানা

থোকই; ঐহাক্লা হোৎনবা হেক য়াবমখৈ হোৎনরবনি, অদুবু মদুনা ঐঙোন্দা হৈনিংবা করিমতা পোকহন্দে। অদুগা মদুগী মনুংদা য়াওবা য়াম্না চম্না ফজবা ৱারেং শৈরেং খরদি ঐহাক কাওবা ঙমদে। অসুম পাবদা ৱাহৈ পরেং অমা ৱাহৈ মচন খরা খংহৌদনা ফন ফন চোংথোক্নুনা, খংহৌদনা ইলেক্ট্রিক্লা চিংবগুম ঐগী পুক্লিং হকচাং পুম্না লোয়না চিংশিল্লি, লোয়নননা ঐঙোন্দা ওম্ব্লোক্লা নুংঙাইবা অমা ফাওহল্লি। বৃদ্ধনা হায়রম্বা ৱাহৈ-পাওতাক অমদি খৃষ্টনা হায়রম্বা অদু, হকচিনবা অর্থগা লোয়নননা, মশেক মঙান লৈতেংদুনা ঐগী থম্মোয়নুংদা ঙান্না লৈরি; চহি ২,০০০ অমদি মতম’সিগী মমাংদা মখোয়বু শোন্নরম্বা অদুগুম করিমতা ইকাই-কায়দনা ঙসি ফাওবদা শক-শোন্নরি। মীওইববু হেক্ত হোয়দুনা পুবা ঙমবা চুম্লবা শক্তি অমা মখোয়দা য়াওরি; মফম মতম্না ওল্লবসু প্রকৃতিগী য়াওন তুংইন্না, মসিদা য়াওরিবা অচুম্বা শক্তি মশানা য়াওজরবা শরুক অসি লেংদনা লৈহৌরগদবনি, মফম মতমগী কল্পগা তুম্নবা চৈনাথোন্না শোকউবা ঙম্নরোই। সোক্রেৎনা অমদি চীনা-ফীলোসোফরনা ইরম্বা লাইরিকশিং পাবদা অমদি উপনিষৎসিং, ভাগবত গীতা পাবা মতমদা ঐঙোন্দা করিনো অমা ফাওই। মসিগী মশা মরেং খুদুং লীনা অচুম্বা থীবদা, অয়্যা-পূজাবু শন্দোক্লা তাকইবদু য়েংশিনবদা ঐহাক হৈনিংবা করিমতা পোক্কে; মরমদি মসি পুম্নমকসি ঐহাক্লা মায়য়োক য়ারিবা ঐগী থৌদাংগা মরী করিমতা লৈনদবা ঙাক্লি। হেক পাবদা মনুংদা চেল্লিবা ৱাখল ইচেলগী অর্থ করিমতা খংদে; অদুবু অনিরক হন্না পাবদা খজিক মঙান ফংবগুম তৌই (খর খংবগুম জ্ঞান অমা লাকপগী মঙান খজিক্তমক উই)। অসিগুম্বা অরুবা অঙকপা ৱারেং-শৈরেং পাবা ঙম্নবা ঐহাক্লা হোৎনরুবা তৌদে; কান্নবা কয়া ফংলোয়দৌবা শরুক্তি ঐহাক্লা কান-কান্দুনা চৎথৈ। শাংথনা অফ-ফত্ত, লানবা-চুম্বা খঙ্বা অমদি অকুপ্পা অর্থ য়েংশিনবা, ঐহাক্লা পামদে; অচুম অরান পীবা, মায়োক য়ানা য়েৎনরুবা, য়াদবা, ধর্ম্মগ্রন্থগী অসিগুম্বা লাইরিক লাইশুশিং অসি পাগে হাযনা ঐহাক্লা নিংলুবা লৈতে। তশেংবমক অসিগুম্বা ধর্ম্মগী লাইবিকশিংসি মশাগী ওইনা য়াওজরিবা পংথৈ অদুদগী হেঞ্জিন্না ঐহাক্লা খংজিন্নবা হোৎনরুবদ; লাইবিকশিং অসি ৱাখল লৈবা মীওইবশিংনা, য়াম্না শিংবা কাংবুনা, অমদি তুংদা থোক্কদবা থৌদোক হান্না খংবা ঙম্বা মীওইশিংনা ইবম্বনি খল্লুবদা মখোয়গা অমতা ওইশিন্দুনা ইরম্মীবা পুন্না হবাওনা য়াবা তাবনি, অদুগা মসি পুম্বসি মীওইবশিংনা ইদুনা থনম্বনি হাযনা খনবা নত্তনা মীওইনা পোক্লবা, ঈশ্বরগী শক্তি পুম্বা, মগুণ পুম্বা লৈজরবা, য়াওরবা, শম্না হায়রবদা মশাবু মশানা লাইমক্লি খঞ্জদুনা মখোয়না ঙাংবা ৱাহৈ-ৱাতা অদু লাইমক্লা হাযবা ৱানি খল্লবা মখোয়দুবু লাইমক্লি কবম্না খলগদৌবিবা, মখোয়না ইবা, হায়রম্না, অদুবু চুম্লবনি করম্না হায়গদৌরিবা!

মীওইবগী থাক্তগী হেন্না ৱাংনা লৈখ্রবা মী অমদি লাই হায়দুনা ভাবনা শাদুনা মিংকৌরিবা — মখোয় অসিনা হাযবমবনি হায়না হেক্তা হায়জিনবগী মহুত্তা, থৱাই, হকচাং অমদি ৱাখলগী লমদা মীওইবা ঐখোয়না হেক ঙল্লিবা মখৈ ৱাংনা হায়গৎনবা লাক্লবগী মহুত্তা অতে অতোপ্পা অদুক ৱাংনা কাবা ঙমজরবোইদৌবা মীশিংবু মশা শাগন পায়দুনা চিংখৎপীবম্লবদি, ঐঙোন্দদি, মদুনা থোয়না হেন্না ৱাখল লৈবা হেন্না ফজবা ওইগনি। ধর্ম্ম পুথোক্লমইবা মীশিং অসি ওম্বোক্লা ঙকপ্রবা মীওই ঙাকনি। মখোয় অসি মী অমনি হায়না ঐহাক্লা হেক খন্দবা মতমদা মখোয়গী লৈজরম্না মতিক মগুণ মিংচৎ পুম্নমক মাংখি ঐনা ঐগী মিৎনা উনা-উনা মাংখি। ঐঙোন্দা ৱাখল অমা পোকহল্লিবা লোয়নননা আশা অমা নৌহৌননা পীরকইবসিদি মীওইবগী ৱাখল অমদি থৱাই, লোয়বা লৈতবা হেন্না হেন্না চাওখৎলকপা উবদগীনি, এজেন্ট অমা ওইনা করিগুম্বা ৱাহৈ ৱাতাবু শীজিন্নবনা নত্তে।

লাইগী মমিং মথা পানশিন্দুনা ইবা লাইবিক লাইশু পুম্না ঐঙোন্দদি হায়গ্রিবা’সিগা চপ মান্নে। ৱারীশিং অদুগী মরুওইবশিংদুবু মীওইবশিংনা থাজরবদি পুম্নমক ওইথোক্তবনি, নোক্লনিংঙাইনি। অদুগা কনাগুম্বা অমনা হায়রিবশিংসিবু করিমতা হেক থাজদ্রবদা হায়রিবশিংসে মশাগী মশেক মঙান য়াও’রবনি, ফজবনা নৌহৌনরবনি, মীওইবনা লৌনিংঙাই ওইরবা পাওতাক্লা থল্লবনি, ঙক্ল ফজরবা, নিংথিবা পুম্বনা লৈতেংলবা, ভাবনা শেমগৎ শাগৎপা ৱাখলগী মমি ওইরবনি। হৌজিক্কী মতমদা, গ্রীক্কী লাই লাইরেম্বীশিংগী ৱারীশিংবু কনা অমতনা থাজদ্রবনি, অদুনা শুকৱা ৱাদনা ৱারীশিং’দুবু ঐখোয়না হেক্ত থাগৎপা ঙমই; অদুগা মথং মথং থঙথদুনা শিন্নরমলবা মীওইবগী ৱাখল শরুক ওইরবনি, ৱারীশিংদু। অদুগা লাইশিং অদুবু থাজরুরবদি, থাজরুবনা অচৌবা পোৎলুম অমা ওইগনি, থাজরুবগী অরুম্বনা, কয়া শাথিনা ওৎপা তাবা, পুম্নমকসি মাইরোং য়ানবা হোৎনবদা মখোয়গী (ৱারী লাইরিকশিংদুগী) ফজবদুসু মাংখিবা তাবনি। লাই-তিনগী ৱারী ভারত্তা লৈরিবা

অসি, ওম্বোক্লা মচাক চেল্লি, ফজৈ, অর্থ ভাবার্থনা পীকথন্না য়াওই, মখল মথেন মশীং ওম্বোক্লা য়ামগ্রে। নিংথিজপ্লবা ফজপ্লবা মং নত্তনা তাইবংদা উররোইদবা মওং-মরিন মতৌ, ভাবনা মোন্দ্রং চৎনা অওকপা ফংনা অওইবমক, থোকখিবমক ওইনা শাগৎপা ৱারী, ৱাখলগী পাক-চাওরবা স্নাগী খনিদগী মমল য়াম্না কারবা অফবা ম্না ফুকপগুম নিপা নিপী কয়াগী লমচৎ-শাজৎ তোঙান তোঙানবা উত্তুনা মীওইবগী পুন্সিবু অচুম্বা লম্বীদা পুনবা ভারত্তা ইরমইবা মশীং লাকওমদ্রবা লাইরিকশিং অসি, করম্না ইরমইবনো ঐঙোন্দা ওম্বোক্লা ঙক্লা থোকই।

মীওইবগী ৱাখলদগী থোকপা পোথোক অমা ওইনা খুৎনা ইদুনা থনল্লিবা লাইরিক ময়ামসি লৌবদা ঐখোয়না নিংশিংবা তাই, ইরমইবা মতম, ৱাখল অদু পোক্লমইবা মতমদুগী লোনচৎ-শাজৎ, অমদি ৱাখল অদুনা য়ৌরম্বা খ্বাইদগী ৱাংবা থাক, অমদি মতম, ৱাখল জ্ঞান অদুগা হৌজিক ঐখোয়গী ওইনরিবা অসিগা অনিগী মরক্তা লৈনরিবা শাংলবা ফাক। ধর্ম্মবু য়োমশিন্দুনা থনমইবা লাং থাকপা ওইনা লৈরমইবা লাইনিং-লাইশোন অমদি চৎনরোল অদুমখেদি ঐখোয়না কাওথোকপা তাই। ঐখোয় মীওইবগী পুন্সিদা থোকইবা থৌদোক অয়াম্বা তুং কোইহৌরগদবনি, অমরমক ওইহৌরগদবনি; অদুনা থায়নগী ওইনা লৈরল্লিবা লাইরিকশিং অসিবু পামনবা মীওইবগী অপাম্বদুসু মুৎহৌবরোইদবনি। অদুম্নদি ওইরগা লাইরিক খরদি তোঙানবা মওংদা নৈনবা ওইনা তৌই; হৌজিকমক ঐখোয়দা অপাম্বা পোকহন্দ্রিবা মখোয়শিংদুদি অকক্লবা মতমতগী ওইনা তৌই; মতম খরা অদুতগী ওইনা ইরম্বা মাল্লি।

# মরিশুবা পন্দুপ

## মঙাশুবা তাংকক

## বেদ

হিন্দু অয়াম্বনা বেদবু লাইনা ইরম্বনি হায়না লৌই। মসি থোইদোক্লা লাইবক থীবনি; অসুম তৌবনা বেদশিংগী অচুম্বদু থীবা ফংদ্রবনি, লোয়ননা ইহান হান্না লাকপা ৱাখলগী ফীরেপ্তা মীওইবগী তিংলবা পুকচেনবুসু মশক খংবা ঙমদ্রবনি। কয়াদা ঙকখ্রবা ৱাখলনো ! (বেদ – খংবা হায়বা ৱাহৈদগী থোকপা) বেদশিং অসি ইচম চম্না পোৎ কয়ামরুম্না চনৈনা পুনশিনবনি; থাগৎ-শৈরেং, হায়জ শৈরেং, যজ্ঞ, হোমজপ তৌনবা নিয়ম, মিত্রং, ফজরবা প্রকৃতিগী শৈরেং ময়ামসি তোৎশিন্নরগা ওইবনি। লাই-মূর্ত্তি লাৎপগী মরম অমতা য়াওদে; মূর্ত্তি ঈরাৎনবা লাইশং সাবগী মরমসু য়াওদে। মীওইবগী পুন্সিদা কান্নবা তৌফম থোকপা মরমদু শন্দোক্লা পাক চাওথোক্লা ইরি। ইহান হানবা বেদগী মতমদা লৈরম্না আয্যশিংনা পুন্সিবু (মীওইবগী মপোকপু) য়াম্না পামশিনবা ওইনা তৌই; আত্মা (থৌৱাই) গী মরমদা মপুক্লিং করিমতা চংদে। শিরবা তুংদা তোঙান তোঙানবা মপোক্তা অমুক পোকপবু মথোং খংদনা মখোয়না থাজে।

ভাবনা লাকশিন্দুনা (ঈশ্বর) লাইগী মূর্ত্তি লিংখৎলকপা অসুম অসুম হৌরক্লমই। অহানবা অকন-অথৌ, শক্তি, তৌবঙম্না মপান্ন্না লৈবতবু লাই ওইনা লৌই; মতুংদা লাই হায়বসি অনি শুদে অমতনি হায়না থাজনবকই; মমৈথংদা অমুক ওৎশিন্নবকপনা হকচাং অমসুং থৱাই অনি শুবগী ৱাখল অমুক খন্নরমই। ৱাখলনা অঙকপা লমদম কয়া তান্না থৱায়বু পৃদুনা চৎলি; প্রকৃতিগী অঙকপা শক্তমনা মখোযবু ৱাখল খলহল্লি লোয়ননা হংজিনবা খংজিন্নিংবগী ৱাখল পোক্লকই। অসুম্না হোংদোক হোংজিন তৌরকপসি চহি চা-কয়া শুরক্লবনি। মতাং অসিদা ঐখোয়দদি বেদ. বেদান্ত (অন্ত-অরোইবা) গী মতাং ফাওবদা চৎথরক্লি লোয়ননা ইপনিষদ নৈনবা হৌই।

মীওইবনা ইহান হানবা ইবা লাইরিক্তি ঋগ বেদনি; বেদশিংগী মনুংদা মসিনা ইহান হানবনি। মীওইবগী ইহান হান্না খনবা ৱাখল বেদসিদা ঐখোয়না উই, শৈরেংগী ফজবা শরুক, ফজবা অকীবা অনিনা শক্তম ওইরবা প্রকৃতিগী মরম, ঋগ বেদদা য়াওরি। ডাক্তর মেক্নিকোলনা (Dr. Macnicol) হায় "চহি কয়াগী মমাংদা উৎখিবা মীওইবগী থৌনা ফবগী থবক থাদুনা, মতমদুগী শৈরেং কয়া ইবি; ঐখোয়না লৈরিবা পৃথিবীগী অকুপ্পা মরোন, পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবশিংগী হিংদুনা লৈরিবা মওং, কনা কনাগুম্বনা পুথোক্লম্বগী মরম লাইরিক অসিদা ইরি ............ অরেপ্পা লৈতনা চংশিন্দুনা, ভারতকী মরমদসু থিজিনবা তোক্ত্রি।"

ঋগ বেদগী মমাংদা সভ্যতা লৈরম্বা অমদি সভ্যতাগী ৱাখল ফোংদোকপা মচাক কয়া লৈরম্বা চহি কয়ামরুম অমসু লৈগ্রবনি; মতম অদুদা সিন্ধুগী লৈতেম মান্নরবা লমদম অমদি মেশোপোটেমিয়ানচিংবা অতৈ লমগী সভ্যতা য়াম্না চাওখৎলমই। ইহান হান্না লমজিংবীরকপা, ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিং অমদি সেরশিংদা কখোকপা মতাং অসি ঋগ বেদদা য়াওফম থোকপনি।

বেদগী শৈরেংশিং অসি জীবনা হিংদুনা লৈবগী মরমদা অঙকপা, মীওইবনা তানশিনবা মরম কয়ামরুম্না তাশিল্লবা পদ্যগী মওংদা ইবা, থাজবা, নিয়ম অমদি রাজনিতি মপুংফানা ইবা শৈরেংনি, হায়না রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা ফোংদোক্লমই। সভ্যতাগী মতমদা চংলক্লবদা মপাঙ্গল কল্লবা অমদি য়াম্না শিংদবা, ঋগ মপুংফানা লৈতবা মীওইবশিংবু মমিৎ পাংহন্দুনা, ঙমখৈ নাইদ্রবা অন্ধবিশ্বাসকী ইথক্তা তাওহন্দুনা পুন্সিগী মতাংদা হংনবা লৈতনা, চুম্লে হায়না লৌবা তাবা মওংদা পুশিনখি। মদু মখোয়না চুম্নতা থাজজবনি; থাজরিবদু, প্রকৃতিগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অমদি তোঙান তোঙানবা মচাক পুম্ববু, ঈশ্বরনি লাইনি হায়না থাজবতনি; মদুমক থৌনা ফবা অমদি পুক্লিং হরাওনিংঙাই ওইবা, ওইনা লৌনরমই; মদুমক মীওইবগী

পুন্সিদা শুন্মাৎনবগী মশক ওইবা অন্ধবিস্বাসনি। মদুদা অফ-কন্ত, অচুম-অরান খন্ননিংঙাই ওইবা, ৱাখল অমতা তৌনরমদে; মীওইবনা মিৎনা উরিবা জগৎ অসিদা অমগা অমগা খেৎনবগী, খন্নবা য়াবা জ্ঞানবু জাত্তিগী ওইনা, মীরোন কয়া হৌনা, থাজনরকপনা নমহৎলি; অদুবু হৌজিক অসিদা ৱাখলগী জ্ঞানগী মৈরানা ঙানখৎলকপা মতুং ইন্না নৈনদুনা অচুম্বা লম্বীদা খজিক খজিক খোং থাংজন্নরক্লি; "অশিংবা মীশিংনা তোঙান তোঙানবা মমিং থোল্লবসু অচুম্বদি অমতনি।"

তৌইগুম্বসুং খন্ন-নৈনবা ৱাখলনা অরেপ্পা লৈতনা চংশিল্লকপদা বেদ ইবা কাংবুনা লাওনরক্লি, "হে থাজবা কৌবা ঈশ্বর ! থাজবা ঙম্বা শক্তি ঐখোয়দা পীবীয়ু।" "শেমগৎ শাগৎপা সৃষ্টিগী ঈশে" মিংথোন্দুনা শৈরেং অমগী মতাংদা লুর-লুরবা ৱাহং কয়ামসু হংনরক্লি। মতাং অসিদা স্নে মুল্লারনা মমিং থোল্লি "শকখংদবা ঈশ্বরদা" হায়না ঃ

১। মতমদুদা লৈতবসু নত্তে লৈরম্বসু নত্তে; নুংশিৎ শিৎপা লম লৈরমদে; মদুগী ৱাংমদা অতিয়াসু লৈরমদে।

করিনা কুপশিল্লমই কদাইদা কুপশিল্লমই ? কনাদা কনানা চংজফম পীরমই ? অশুক লুই হায়বা খংদ্রবা ঈশিং অসি লৈরম্লা ?

২। মতমদুদা জীবপুম্নমক শিদ্রা; অমর লৈরমদব্রা ? অয়ুক-নুংথিল নুমিদাং খায়বা লৈরমদব্রা ? নুংশাশ্বর হোন্দবদি নত্তে; মশা মতোমতগী ওইনা শ্বর হোন্নরমই; মদু নত্তবা করিমত লৈরমদে।

৩। অমম্লা লৈরমই, পুম্নমক অমমম্বনা কুপশিল্লমই; হায়ফম খংদবা মওংদা মফম মরাং খংনরমদে।

মতমদুদা লৈরকখিবদু মওং মরিন নাইরমদে; নম্ফু লুম্ফু শাবগী শক্তিনা পোকহনবনি।

৪। মতুংদা অহৌবা ওইনা পোথানিংবা পোকলকলে; য়েহলৌঙৈদাওইবা মরূ হুনবগী অপাম্বা পোকলে; লোয়ননা জীব পোকলকলে।

মুনি ঋষিশিংনা পোকপগা ফোক্তবগা অনিগী মরক্তা লৈবা মরী পুথোক্লবা থম্মোইগী থুপ্পবা জ্ঞান শীজিন্নরি।

৫। মখোয়গী অমগা অমগা মরী লৈনদবা মরী (লাইন) অদু কারন্দা শাংদোকহল্লি; মদুগী মথক্তা করি লৈরিবা, মখাদনা করি লৈরিবা।

হান্না পোকপা কাংবু লৈপ্রে; চাওর চাওরবা শক্তি কয়া লৈপ্রে; কনাগীসু মতেং লৌদবা শক্তিসু লৈপ্রে মদুদগী অখাংকনবা শক্তি থোরকলে।

৬। নিংথিনা খংবা কনা য়াওরিবগে; মদু হায়বা ঙম্বা কনা লৈবগে কদাইদগী পোকপনো; সৃষ্টি কদায়দগী করম্না ওইরকপনো ?

পৃথীবী ওইরকপনা হাল্লি; ঈশ্বরনা কোল্লি। অদুদি, কনা খংবা য়াওরি কদায়দগী করম্না ওইরকইবনো।

৭। শৃষ্টি (শেমগৎ-শাগৎপগী থবক) অসি কদায়দগী হৌরকপনো; মহাক্লা পুম্নমকসিবু শেম্লম্বা নত্রগা শেম্লমদব্রা ? ৱাংলবা স্বর্গদা লৈদুনা মহাক্কী মমিৎনা পৃথিবী অসিবু লাকলমই; মহাক্লা মদু খংই খংলব্রা হায়রগসু খংদে।

# মরিশুবা পন্দুপ

## তরুকশুবা তাংকক

# মীওইবগী মপোকপু পাম্বা অমদি পামদবা

কুইখ্রবা মতম, মমলবা মরূদগী হৌরদুনা চেষ্টরকলি, ভারতবর্ষগী ওইবা ৱাখল দর্শন শাস্ত্রগী ইচেল, চেষ্টরকলি কলচর অমদি সাহিত্যগী কল্পবা ইচেল, ফজরবা ৱাখলগী খন্নিনা ভারতবর্ষ অপুম্বা। চহি কয়া যুগ কয়া হৌখিবগা লোয়ননা হোংলকলি, মহাক্কী ঈচেল তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা; করিগুম্বদসু ইকং য়াওরকই মতমনা শাংলকপনা অদুবু মশাগী মহৌশাগী ওইবা অমদি ঙাকচরকলি কায়দনা। মপুন্সিগী ওইবা তোপ তোপ্পা তোঙানবা মগুণ অসি করিগুম্বা চেন্নরমদ্রবদি, ঙম্লম্মোই অসুম্না ঙাক্লা চৎপা। ধর্ম্ম নত্তে, থিংদুনা থম্বা অসিগুম্বা শক্তি, ঐহাক্না খল্লমই মদু ওইরম্বা য়াই হায়না, অদুবু হৌখ্রবা শাংলবা মতমগীদমক তুংশিন্দুনা কিষ্টরকপা ঙাইদুনা লৈবা ওইরমদ্রে ভাবতকীদমক্তদি। চাওখৎপনা খম থেংনরবা অমদি চাওথোকনফম ওইববা, অতৎ অখম নাইদনা লাল শোক্লববা লোয়ননা অহোংবা কয়া লাকপা ঐখোয়না ইশামক্লা উন্নবকলবা মতমসিদা, মসি ভাবতকীদমক্তি শীংথানবা য়ারবা মকওইবা মবম অচৌবা অমনি। কন্না থাজনবা মৈরিথক্তা থাংগৎলবা, হাপচিল্লিবা পুম্নম মহি চেল্লবা, চাওববা খাংজাওথক্তগী লালগী, ঐখোয়না আশা তৌবী থোবকখীগনি হায়না, হেন্না হেন্না শেংলবা ফববা (মহি তাম্থোকখনবা অগেংবা) কয়া, নোংচুপকী অমদি নোংপোক লমদমগী, মদুদা য়াওবা উগনি মীওইবনা তৌবথ্বা পাংথোক্লম্বা থবক কয়া; শকক অদু হাপচিনসি মেনশিনবা ওইনা, মখোযগী অৱাৎপা শকক। তৌইগুম্বসুং শিনবা থুংনা, হন্না হন্না থোকলবা অমাং অতা থোকহনবা অসিনা মীওইবগী পুন্সিগী য়েন্নিং হুলক্কদবা মকাবু মাংহনবতা নত্তনা, মাংহল্লি মীওইবগী পুন্সিবু মহৈ যানহলগদবা, য়াম্না মকওইবা শকক কয়াবু, মসি থাঙ্গৈশেংলবনি। তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা, অঙকপা ফংনা চাওখৎনবক্লবা ফাওবদা, অর্মদি য়ান্না ৱাংলবা থাক যৌনা, চাওখৎনবক্লবদা, চহি কয়াগী মমাংদা মসি মং ওইনা ফাওবা মংনর্খিদ্রিবা; মথং মথং মবি মবি থোকখিদ্রিব্রা; মকওইবা মচাকশিং অসি, ঐখোয়গী সভ্যতাগী খুৎশা হৈবনা হৌজিক কান্দা যৌনা চাওখৎলবা অসি ফাওবদা কবিমত্তা য়াওদ্রব্রা; মশানা মশাবু মাংতাকহনবগী মুৎপা নাইদ্রবা মক অদু মশা মনুংদা যাওদুনা শৌদুনা লৈবব্রা ?

হৌখ্রবা চহি কয়াগী মমাংদা মংখিবা মং ওইনা হৌজিকমক হোৎনবি, মশা নাম্থোক্লবা লৈবাক কয়ানা মীবৈবাক্কী মখুত্তগী; অমুকসু অৱা পোথানবি খম্বকবগা তাওদুনা মমাংঙৈদা মতম অমদা যাম্না চাওখৎলমই চাওরমই হায়না মশানা খঞ্জবা ৱাখলদা। ঐখোয়না মোন্দ্রং (মঙদ্রং) শান্নদুনা মতম লেনবসি খুদোংথীনিঙাইনি। ঐখোয় ইশাগী অপংবা উচ্চবনি। হৌজিক্কী সংসার অসিদা কম্থোকপা মাংদা ঐখোয় অসি ওম্থোক্লা তোম্বনা লৈববনি, অদুবু ঐখোয় অসি ধর্ম্মগী লম্বীদা য়াম্না চাওববনি চাওখৎলবনি হায়না খঞ্জবিবা অসিমক শোয়দ্রব্রা হায়বদু ভাবত্তা লৈবা ঐখোয় পুম্নমক চপ মান্ননা হংনবা য়াববা ৱাফম ওইববনি। ইনিং ইখা তৌবা ঙমদ্রবদা, খুদোংচাবা পুম্বা মাংলবদা, অৱা অনংগী ইপাক্তা ইবাক্লরবদা, চানিংঙাই লৈতবা, চাবা হেনবগী মৈরক্তা ভৌদুনা লৈববদা চাওবিবনি ধর্ম্ম কার্যদ্রবনি, ধর্ম্মগী মাইকৈদা খ্বাইদগী নৈবা লাইরিক ইবা কাংবুনা হায়নৈ ভারতবর্ষ অসি অতোপ্পা মপুন্সি অতোপ্পা সংসাব অমনি কবিগুম্বা মখোয়না লায়র-অনংবগী মাযোক্তা লাম্থেংনবা ঙমদ্রবদি অদুগা হৌজিক্কী ওইবা সংসার অসিমকতি তশেংনমক মখোয়গা চুনদ্রবনি। অদুনা মীখা পোল্লবা মীশিংগীসু মদু মঙাই।

নিপা অমনা সবালক হেক ওইরকপদা মহাক য়ৈশিন্দুনা লৈথোকপা য়াদ্রবদি নত্রগা মপানগী সংসারগী চৎনবী অসিদা পেম্থোক্লুনা লৈবা য়াদ্রবনি। মনুংগী মশাগী ওইবা অর্থ থিজিনবা, মপানগী ওইনবা শক্তম অমদি ৱাখলগী ওইবা পুক্নিং পুম্নমক্কী অশেংবা অচুম্বা মওং খংনবা থিজিনগদবনি। থিজিনবদা ফংইবা শরুক্লা মশাবু পেনহঞ্জগদবনি। সভ্যতানা কুইর কুইরগা মপুং পারবগুম মীওইবসু চহিনা য়ামশিল্লক্লগা সবালক ওইরকপনি। মনুংগী মপানগী ওইবা ইচেল অনি অসি

মীওইবা অমদি সভ্যতাগী ওইনা মান্নবা সমান্তর ওইনা চেনগদবনি। লাপলে লাপনা নকলে নক্লা চাং মান্নবা লেংদবা মান্নবা চেনমিন্নগদবনি চৎমিন্নগদবনি। অনিসিনা মত মান্নরক্তবা মতমদা ফুগায়নরকই ব্রাখলদা পুকচেন্দা থবক্তা অমনা অমবু ওৎ নৈরকই।

ঋগ বেদগী (শ্লোকশিং) শৈরেংশিং সি ইরকপা মতমদগী হৌরদুনা পুন্সি অসিনা মপানগী ওইবা সংসারগা মরী লৈনৈ; লোয়নবা প্রকৃতিগী ফজবা অঙকপা কয়াগা মরী লৈনৈ, পুন্সিগী নুংঙাইবা অমদি পুন্নমক্তগী ফংবা মচি ওইবা শরুক্তা মরী লৈনৈ। ওলিম্পসকীকুম্বা লাইরেম্বা লাইরেম্বী কয়াসু মীওইবগা পাংখকনি; মখোয়সু নিপা নিপী কয়াগা তোরোৎ খোন্দানখিবনি; অনি অসি অমগা অমগা খায়দোক্লবা য়াবা অকনবা আইন লৈতে। ব্রাখলনা খঞ্জিল্লকপা অদু বুদ্ধি তৌদুনা হংজিল্লকপা হেঞ্জিল্লকই লোয়নবা মপানগী ওইবা অতোপ্পা সংসারগী অন্ধবিস্বাসসু পুশিল্লকপা হেঞ্জিল্লকই। পুন্সিগী যৌদাং মশীং য়ামশিল্লক্লে; মপাম্বোংগী ওইনা উৎপা শক্তম অদু হৌজিক হোংগ্রে; উদবা শরুকপু ব্রাখলগী মিৎয়েংনা য়েংলকপদা থব্রাইগী মরমদা হেন্না হেন্না খঞ্জিন্নবা হৌরকলে; মতাং অসিদা ব্রাখলগী মিৎয়েংনা উবা ওমলিবা শরুক অসি কনামনা উবা, তাবা, শোকউবা ওন্নরোইদ্রবনি ইচুম চুম্না শ্বাইগী চৎনবা মওংদা। মসিগী পোৎশক অসি করিনো ? জগৎ অসিদা মসিগুম্বা মওং অমা লৈরিব্রা (নত্রগা মসিগী কান্নবা অমা লৈরিব্রা) ? পুন্সিগী অচুম্বা খোংচৎপু খংননবগীদমক উবা উদবা নায়রিবা সংসার অনিসিগী মরক্তা অমতা ওইবা মরী অমা ঐখোয়না পুরকপা ওমখিগদ্রা ?

ব্রাখল অমদি থবক, হিংবগী কান্নবা, পোক্তবনা কান্নবা, ইচেল অনি অসি (ইণ্ডিয়াতদা) ভারতবর্ষতদা নত্তনা পৃথিবীগী মফম পুম্বদা ঐখোয়না ফংই। অনি অসি, অমনা অমুক চাওখৎ, অমনা অমুক চাওথ, মতম মতমগী খোংচৎ মতুং ইন্না অমগা অমগা খেৎনদুনা অদুম মরাকখি। অদুম্নদি ওইরগা হৌরকফম মরু ওইবা কলচর অদুদি পৃথিবীগী ওইবা সংসার অমদা পৃথিবীগা মরী লৈনদ্রবা অতোপ্পা সংসার অসিমক্তী অমত্তা নত্তে। দর্শন শাস্ত্রগী লোন্দা হায়রগা সংসার অসিবু মায়া হায়রগা খংনৈ। অদুগা মসি শ্বাই পুন্নমক্লসু মায়া হায়না খাজনৈ; ব্রাখল অসিমক য়েলহৌঙেদগী লৈরকপা অচুম্বা নত্তে, (প্লেটোনা অচুম্বা থীরকপদা তারকপা ব্রাখল অসিগুম) মসি থোরকই অচুম্বা করিনো খন্নরকপদা; মমৈথংদা তাবকই, হৌজিক ওইরিবা পৃথিবী, মরোন নাইনা লৈরিবা, পৃথিবীগী ফজবা নুংঙাইবদা লুপতুনা হিংদুনা লৈবা পাম্নরকই। সেমি (sheme) শিংগী ধর্ম্মদা য়াওবিবা মখোয়গী কলচর অমদি ইহান হান্না চৎনরকপা খৃষ্টান ধর্ম্ম অসি য়াম্না লাপথ্রবা অতোপ্পা সংসার অমনি। টিঃ ইঃ লোরেন্সনা হায় "শেম জাত্তিগী থাজবগী অহানবা হৌবকফম অমদি মদুদগী মখোয়না ফংবা মাইপাকপা মাইথিবা অসি, হৌজিকমক থাজনরিবা সংসারগী ওইবা করিমত্তা কান্নদবা অসিগা অমতনি।" মশামক্লা য়ানিংবা অমদি য়ানিংদবা অনিগী ওন্ন তৈনবসি, মসিনা তত্তনা থোকহল্লি।

ভারতবর্ষগী সভ্যতানা মতম অমা ফনা চাওখৎলক্লবা মতমগী খোংথাং পুন্নমক্তা ভারতবর্ষদা লৈবা ঐখোয়না হিংদুনা লৈবগী নুংঙাইবা ফংই, প্রকৃতিগী ফজবা নুংঙাইবনা ঐখোয়বু নুংঙাইহল্লি, ঈশৈনচিংবা খুৎশা হৈবা কয়া কয়া চাওখৎলম্মী, সাহিত্যনচিংবা ইবগী থবক ঈশৈ লেংবগী থবক য়ৌনা চাওখৎলম্মী, জগোই, লাইয়েকপা, ঠিয়েটর কয়াদা চাওখৎপগী নুংঙাইবা ফংলম্মী; নিপা-নিপীগী লৈনবা মরীগী মতাংদা য়াম্না চম্বা অব্রাংবা থাক্কী ব্রাখলনা থিজিনবদা পুক্লিংদা নুংঙাইবা পোকই। মীওইবগী পুন্সিদা থোক্লকইবা কলচর অমদি নুংঙাইনা হিংনবগী ব্রাখল অসি, অতোপ্পা সংসারগী ব্রাখলদগী থোকপনি হায়বদা মদু থাজফম থোক্তে; অদুগুম্না কান্নদ্রবা অতোপ্পা সংসারগী ব্রাখলদগী মখন মথেল য়াম্নবা পুন্সি অমদা থোকইবা তোঙান তোঙানবা শক্লোনগী নুংঙাইবা সংসারনা যুম্ফম ওইদুনা করিগুম্বা মখলগী কলচরনা চহি লিশিং কয়া চখবকপা যারোই হায়বসিমক তশেংনা চুন্নবনি।

মী খরনা খনবদি ভারত্তা লৈবা মীগী ব্রাখল অমদি কলচরনা মরুওইনা মীওইনা পোকপা পামদবগী হীরমদা লৈনৈ; অমুক হন্না পোকপা পান্বা ওইনা লৈনদে। ঐহাক্লা খনবদি থায়নগী ওইনা লৈরম্বা ধর্ম্ম অমদি কলচব মতুং ইন্না নিয়ম অনি অসিমক লৈরমই; চুম্নতা অথোয় অহেন নাইবগী ব্রাতনি। তৌইগুম্বসুং ভারতকী কলচরবু পুনশিন্দুনা অমত্তা ওইনা লৌরবদি অমুক হন্না পোক্তবগী হীরমদা পংকন কন্না হায়দমাল্লে হায়না ঐদি খল্লি। ভারতবর্ষগী মরমদা ইবা ইতিহাসকী করি করিগুম্বা মতমদা অমুক ভারত্তা লৈবা মী অয়াম্বনা বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা বুদ্ধ লম্বোইবশিংদা চংজরম্মী। মসি করিগীদমক্তনো ঐহাক ভাব তাদে। পৃথিবী অসি লৈররোই হায়না মতম পুন্নমক শিনবা থুংনা থাজনবা মতম হায়বদি (মধ্য যুগতা) ময়াই চল্লকপা যুগতা

অথোয় অহেন থোয়না নাইদনা চপ মান্ননা ময়াম্না পাম্বা মত অমতা ওইনা ফোংদোকপ মতাং অমা থেংনখি। লৈবাক শাসন অমদি শেম্বুমগী ফীবম ফত্তবনা মতমদুগী মীশিংনা হিংদুনা লৈনিংদবা, হিংলিবা অদুমক মশামক্না য়ানিংদবা (হিংবনা কান্নবা; নুংঙাইবা ফংগনি হায়বা আশা লৈবক্তবা) ব্রাখল অমা পোক্লবমই; মদুবু য়াম্না চেংনা থাজবমই।

অইবা অফবা পাওতাক কয়ামকম লৈববসু (য়াওববসু) তশেংনমক, কা হেনবা হায়বসিম থাদোক্কদবনি হায়না বুদ্ধ ধর্ম্মনা তাকলি; ধর্ম্ম অসিগী মকওইবা পাওতাকসু ময়াই ওইনা চৎপনা অফবা লম্বীনি তাকপনি। ধর্ম্মসিগী পম্বুংফম ওইনা তানবদি "বিজ্ঞান" নি; নির্ব্বান (মুক্তি ফংবা) হায়বিবা অসিমক মীওইবনা খন্নবিবা পনখৈ অদুদগী ওম্থোকনা লাপথোক্লা লৈগ্রে; মসিমক ওইবা য়াবনি হায়না লৌববসু মীওইবনা ব্রাখলনা খনবা গুম্বা শক্তিগী ব্রাংমদা লৈগ্রে; মবমদুনা মসিবু খন্নবকপা মতাংদা অশেংবা খংবা গুমদনা অদুম মবৈববনি। ভাবতবর্ষগী ওইবা ব্রাখল অমদি কলচবদগী ওইখিবা থোবকখিবা (বৃদ্ধিজম) বুদ্ধধর্ম্মনা শন্দোকলিবা পাওতাক্না মীওইনা পোকপা পামদবা হায়বসিমক ওইববদি ধর্ম্ম অসি চৎলিবা মী কোটি চামরোমসিগী ব্রাখলদা মপুক্ত মসি খজিক্ত ওইবসু চুরমগদবনি। অদুবু অওইবমক্তি বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা লৈবাক পূম্নমক, অমুক লাকনিংদবা হায়বা অসিগী ওন্ন-তৈনবা চৎলি হায়বগী প্রমান চপ চানা লৈবি; চীনদা লৈবিবা মী পূম্নমক্না মীওইবা মপোক্ত পোকপনা কবি তৌবা গুম্বগে হায়বা লাববা খুদম উৎলি।

পুন্সিগী মকওইবা থৌদাং কবিনো হায়বসিদা ভাবত্তা লৈবা মীনা পোখাবা লৈতনা খনবনা ফুম্বংনবা পোকপনি। পোকপনা কান্নবগী মবমদা কবিগুম্বা খল্লবদি মীওইবনা পোকপদগী ফংইবা অৱা-অনা অমদি মীনাইগী মওংদা খনবা ব্রাখল লৈবমলোইদবনি। নপাঙ্গন নথৌনা উত্তুনা অচুম্বা মাইকৈদা থবক তৌ; তৌবিবা থবক্তুগী ফলাফল থোইনা খনগনু হায়বসি ভাবতকী লাইবিক অয়াম্বদা ইবি। মসিনা তাকপদি পুন্সিগী থৌদাং পাংথোকউ হায়বনি অসিগুম্বা থৌদাং অসি তৌগনু হায়বা নত্তে। এসুম্না থৌদাং পাংথোকপা অসি ভাবত্তা চৎনবিবনি অমদি খন্নবিবা মতাংমকনি। মসিগী মতাংদা অতোপ অতোপ্পা দর্শনশাস্ত্র কয়াদা নৈর্নাব। অতোপ্পা মওংদা অসুম্নসু হাযবা য়াই, অউবা উদবা সংসাব অনিগী লৈনবিবা মবী অসি চাং অমদা চপ মান্ননা থমগদবনি। অউবা সংসাবসিদা তৌফম থোকপা থবক থৌদাংদা কা হেন্না পুকনিং লুপপ্রবদি উদবা অতোপ্পা সংসাব অসি কাওশিল্লকই লোযননা অসুম অসুম শিথখি; মদুনা অমুক, তৌকবিবা থৌদাং মদুমক্না মাগী পম্বুংফম য়ৌবদা ব্রানা থোকই।

ভাবত্তা লৈবম্বা থাইনগী যেলহৌভৈগী মীশিংনা ইহান হানবা চাওখৎলকপগী থাক্তা ব্রাখল খল্লকপা মতমদা কবিনা অচুম্বনো হায়বদুদা য়াম্না কনশিন্না খল্লি, লোয়ননা মখোয়গী খনবগী থবক পূম্নমক অচুম্বা হায়বসিগী মখা পোন্না খনবা ঙাক ওইনা তৌই, অদুগা অচুম্বা থিনিংবা খংনিংবা ব্রাখল অমসুং মখোয়দা পোকই। মখোয়গী ব্রাখন্না লাম্বা ফংবা চাং অমদগী হেন্না খন্দনা খজিক্তং খল্লগা লেপ্পনা মতমদুগী নিয়ম আইন অমদি খনবগী অবোয়বা পম্বুংফম ওইনা লৌনবমই। মী মী মশাগী লৈজবা জ্ঞানগী গতি মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা খন্নবমই। উবা ফংদ্রবা অতোপ্পা সংসাবগী মবমদা নৈনবা মতমদা মখোয়গী লৈজবা জ্ঞান অদুনা ফনা ফজনা খন্দুনসু মদু গুহাক্কী ওইনা নিংলকপা নত্রগা ব্রাখল চোয়বা মওংগী জ্ঞান ওইনা উই, মবমদুনা মিৎনা উবিবা সংসাবদগী মদুনা পুমতোন তোঙাল্লি। (ভাবত্তা থাজনবিবা মবোন ১৪ গী মনুংদা) মবোন অহুমদগী মবিশুবা মবোন তম্না ঐখোযনা থোবকপদা ঐখোয়গী ব্রাখল জ্ঞান লোয়ননা লম পাকথোক চাওথোকলকই। হায়বিবা মবোন অহুম অদুমক কবি হায়না ফোংদোকপা তাবগে লুনা থোকই। ফংলিবা জ্ঞান অদুনা কবম্বা জ্ঞান্নো; অচুম্বা লেংদ্রবা জ্ঞানগী মমিবা নত্রগা মদুগী শকক খবদং খংবা গুমলকলব্রা; নত্রগা ভাবনা শাবা মমি-শামি উবা অবেপ্পা লৈতবা, ওইদবা ব্রাখলগী দলাল্লা, মসি পুম্বা ঐহাক কবিমত্তা হাযবা ঙমদে, কবিমতা খংদে। মসি ইশাগী ওইবা ইশানা শেমজবা ময়ানি। মসিদা ঐহাক্না খজিক নুংঙাইবিবদি ব্রাখলনা চৎথবকইবা পবম অমদি পম্বুংফমনি। মবমদি মসিদা নম্ফুগী শক্তি অমদি অশেম্বা আইন য়াওদে; শাংনা য়াত্তুনা লৈগ্রবা পুন্সিগী মকওইবা শকক খবা থীননবা হোৎনদবদি নত্তে।

ভাবত্তা ব্রাখল খনবগী থবক অসি দর্শন শাস্ত্রদা খং হৈববা অমদি হৈ-শিংলবা মীতগী মথৌদাং নত্তে হায়বা কাওবোইদবনি। মীয়ামগী ওইনা লৈরিবা ধর্ম্মগী মকওইবা শকক্তি দর্শন শাস্ত্রনি; দর্শন শাস্ত্রনা মসিবু মথি তাম্থোক্তুনা

অশেংবা মচী ওইবা শরুকতমক পুথোকই; অসুম্না পুথোকইবা দর্শনিক ওইবা শরুক অসি চীনাদা ওইবা অদুমক ভারতবর্ষদা ওই। পুন্সিগী মনুংদা থোকইবা খেৎন-খেৎনবা, কুপ্পবা শরুক কয়াগী মরী মখোং থীজন্নবা হোৎনবা, মীওইবনা পোকলকইবা অসিগী তৌফম থোকপা থৌদাং করিনো হায়না কুপ্না থিজিনবা, প্রকৃতিগী তোঙান তোঙান য়াওন থোরকপগী নিয়ম অমদি মরম খংজিন্নবা হোৎনবা, য়াম্না কুপ্না নৈনবা অসিমক দর্শন শাস্ত্রনি। তৌইগুম্বসুং সধারল মী অয়াম্বনা লৌনবদি য়াম্না চম্না লৌনৈ; অদুগা অশেংবা শক্তি থোকলকইবা থৌদোক থোকলকইবগী মরম, মীওইবগী পুন্সিদা থোকইবা চাংয়েং, অৱা-অনা মাইয়োক য়াবা ঙম্নবা পীবা পাঙ্গল, মীওইবগী লমচৎ শাজৎ অমদি জ্ঞান মাংদনবা শক্তি পুম্নমকসি মসিনা (দর্শন শাস্ত্রনা) মীওইবদা পীরীবনি। ডাক্তর টাই-চিৎটটাদা (Dr. Tai-chit-tae) টাকরনা ইরমই, "চীনাদা ১দি ভারতবর্ষদা থাইনঙৈদা তাম্নরম্বা জ্ঞানদি মপুংফাবা হায়বদু করম্না ওইহনগদবগে, মীওইবগী পুন্সিদা থোকইবা অৱাবা ৱাখল, নুংঙাইতবা থবক হিংবগী নুংঙাইবগা করম্না তিনশিনবা য়াগদগে হোৎনবনি। অসিগুম্বা জ্ঞানগী শরুক অসিনা লাইরিক লাইশু হৈতবা অপংবা জ্ঞান লৈতবা মীওইবা কাংবুবু নমদুনা অফবা লম্বীদা পুশিল্লি, ঐখোয়না উই অকীবা ফংনা চহি তরেৎ খুৎ-থোকননা লান শোক্লরবা মতুংদা চীনাশিংগী থাজবগী মরূ ফুকপা ঙমখিদে অমদি মখোয়গী (ৱাখনগী) মপুক্লিংগী হান্না লৈজবা অফবা শরুক মাংহনবা ঙমখিদে। অদুবু ভারতবর্ষদা ভারবাসিবু চাংয়েংবদি লেপ্পা লৈতনা চখরকলি; লাইরবা, য়ৌনা নংবনা ভাবতবাসি ঐখোয়গী তৎন থানবা য়াদবা মরুপ ওইরি। অদুফাওবদা ভারতবাসীশিংনা নোক খেরি, ঈশৈ শকলি, জগোই শারি মখোয়গী লৈজবা আশা কায়দ্রি।

# মরিশুবা পন্দুপ

## তরেৎশুবা তাংকক

# থুগায়বা অমসুং পুনশিনবা সম্প্রদায় খায়বা (কাষ্ট সিষ্টেম) হৌবা

ভাবতবর্ষদা আর্য্যশিংনা লাকপনা অনৌবা য়াওন অমা পুবক্লে, — জাত্তি অমদি বাজনিতিগী মবমদা। মাইথীববা দ্রাবিদিয়ানশিংনা মখোয়গী তুংদা মহৌশা মতম শাংনা চাওখৎলম্বগী অবাবা খুদম কয়া থনমই; অদুবু আর্য্যশিংনা মখোয মশানা হেন্না শিংবা, ফবা চাওখৎপা হেল্লি হাযনা খঞ্জবি অদুগী মথক্তা জাত্তি অনিসিগী মবক্তা ওম্ভোক্লা পাক চাওববা পনখৈ অদুনা তোঙান তোঙান খায়দোকলি হায়বসি কবিমতা চিংননিংঙাই লৈতে। চীংমান্দা লৈবা, মতমপুম্বদা কোয়না চত্তুনা লৈবা, যেলহৌঙেদগী লৈবক্লনা অতোনবা থাক্কী মীওই কয়া'মসু লৈবি। অসুম্না য়েৎশিন্নববা জাত্তিশিংসিগী মবক্তা অমুকসু জাৎ খাযদোকপা হাযবা অমা তৌবর্কলি, চহি চা কয়া চত্থবক্লবা, অসিগুম্বা জাৎ খাযদোকপা অসিনা, ভাবতবাসীশিংগী পুন্সিগী খোংচত্র ওম্ভোক্লা অকাযবা অমা মযেং শেংনা থোকহল্লি। খাযদোকলিবা জাত্তি অসি আর্য্যসু নৎত্রে দ্রাবিদিয়ানসু নত্রে। সমাজগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা কাংলুপকী থৌদাং উৎলকপনি, মতম অদুদা ওইবম্না কাংলুপ কাংলুপকী মশক মুন্না তাকলকপনি। মদুনা মতুংদদি অচৌ অপীশক জাৎ ফবা ফত্তবা মওংদা তাবকলে; মসুম তৌবসিনা পুক্রিংদা নুংঙাইতবা পাপকী বাখল পোকহল্লক্লে। মতুংদা ওইবকইবা ফীবমনা অমদি ফীবমগী নোংমা নোংমা মচু চেৎনা শংজিল্লকপনা মসিগী মচুম অবান থিবদা ঐখোয়দা বানা থোকলে। লেপ্পা লৈতনা চত্থবকলিবা, মতমনা কোকপা যাদবা মচু শংজিল্লকপনা মতম অমদা মমাংঙৈদা ওইবম্না ভাবতকী চাওখৎপগী ফীবমবু কুপ্না কুপ্না থুগায়দুনা পুন্না লৈগদবা শক্তম মাংহনগ্রে; অসুম্না তৌবসে ইবানগী কাংবুসু কাংলুপ মবি মবি থোক্লা খাযদোকখি অদুবু মদুম্না খাযদোকখিবা কাংলুপশিংদু থোয়না কর্নাশিনখিদে। মমাংঙৈগী মতমদা ওইবম্না সভ্যতা অয়াম্বা, গ্রীক্কী ফাওবদা মীনায় ফুঙ্গা নাইবা মপুংওইনা যাওনবমই। অদুবু অসুম্না পাকচাওনা মীনাই ফুঙ্গা নাইবসিমক হায়বদি নমদুনা মীয়াম্বু মীনাইগী থবক তৌহনবা অসিমক ভাবতবর্ষদদি লৈবমদে; অদুক লৈবম্বা হায়ববু, য়ানবা মতুং ইন্না কনা কনাগুম্বগী ইমুং মনুংদা ইমুংগী ওইনা থবক থানা নোমনবা মীনাই থমনবমই হায়দুমঙাই। প্লেটোনা ইবা মাগী লাইবিক "বিপব্লিক" হায়বদুদা মকওইবা কাংলুপ মবি থোক্লা খায়দোকপগী মবমদা খবদি পল্লমই। অদুগা মধ্যযুগকী কেথোলিক ধর্ম্মবু অসুম্না কাংলুপ খায়দোকপসি খংলমদবা নত্তে।

আর্য্য অমসুং অনার্য্য অনি থোক্লা খায়দোক্তুনা অনিগী মবক্তা ওম্ভোক্লা ব্রাংলবা পনখৈ অমা কন্না ঙাক্তুনা থনমই; অদুগা অমুকসু অনার্য্যশিংবু দ্রাবিদিয়ান অমদি আদিবাশী (য়েলহৌঙৈগী মী) হায়দুনা অনিথোক্লা খায়দোক্লম্মী। আর্য্যশিংনা চোমলপ্পা কাংবু অমা শাবমই মসিমক ওইহনবা য়াবা মখোযগী তোপ-তোপ্পা মগুণ লৈবম্বদি মত্তে। (লৌ-খোইবা হাযবা ব্রাহৈনা মক্ব ওইদুনা আর্য্য হাযবা ব্রাহে থোবকপনি) আর্য্যগী ব্রাহে লৌ উবা ব্রাহৈদগী থোবকপনি; আর্য্যশিংসি লৌমীনি; লৌ উববু য়াম্না নেম্বা থবক থানবমই। লৌমীনা পুবোহিত, লাম্মী অমদি লল্লোনবসু ওইবমই; পুবোহিতকী থবক তৌবদা মীশক খায়বমদে। অনার্য্যগা তিন্ননিংদবদগী মখোয়না (কাষ্ট সিস্টেম) কাংলুপ খাযবা হৌদোকখি। মমৈদা খাযরিবা অদু আর্য্যশিংগী মনুংদতা খায়বা তাখি; মখোয় মশেনগী থবক তোঙানলকপনা তোঙান তোঙানবা মানা মানা তৌবা থৌদাং মতুং ইন্না কাংলুপ খায়দোকখি।

কবি কবিগুম্বা মতমদা লানঙম্বা কাংবুনা মাইথীববা কাংবুবু তাম্ভোকপা নত্রগা মীনায় ওইহনবা চৎনবমই; মথৌ মতুং ইন্না জাত্তি খায়দোকপনা মানা মানা হৈনবা থবক্কী মতুং ইন্না মথৌ পীবতাবনা কাংলুপ খায়দোকপনা অসিগুম্বা মতমদা মাইথীবা কাংবুনা শান্তি ওইনা লৈবা যাবা খুদোংচাবা খবদি ফংই। মাগী মাগী মথৌদাং পাংথোক্তুনা মপুন্সি লেম্নবম্মী;

লৌমীশিং হায়বদি আর্য্যশিংগী মবক্তা বৈশ্যনা লৌশিং ওই, খুৎশা হৈবগী থবক তৌই, লল্লোনবগী থবক পায়বমই; ক্ষেত্রিশিংনা লৈবাক ঙাকই, লাম্মীগী থবক তৌই; অদুগা ব্রাহ্মণশিংনা পুবোহিতকী থবক তৌই; জাত্তিগী চৎনবম নিয়ম শেম্বা, পোলিসি ঙাকপা অচুম অবানগী থবক্কা য়ানবা ব্বাখল খম্বুবগী থবক তৌবমই। হায়বিবা কাংলুপ অহুম অসিগী মখাদা অতোনবা কাংবু অমসু লৈবমই মখোয়বু শুদ্র নত্রগা থবক শুবা কাংবু হাযনা খংনবমই, মখোয় অসি আর্য্য হায়বদি লৌমীশিংগী মবক্তা য়াম্না হৈশিংদবা কাংবুনি। শুদ্রশিংগী মবক্তা সমাজদা খ্বাইদগী তোম্বুবা জাত্তি কাংলুপ অমসু লৈবমই। অসুম্না জাত্তি কাংলুপ খায়দোকপসি মতম শাংনা কুইনা চখবমই। খাইদোকইবা কাংলুপ অসি অহানবদা মানা মানা হৈনবা শিনফমগী মতুং ইন্না কাংলুপ অমদগী অতোপ্পা কাংলুপ অমদা হোংদোক হোংজিন তৌবমই; মমৈদা হোংবা যাদবা মওংদা ফীবম চেৎনখিবনা ওইবি ওইবিবা কাংলুপ্তা অদুম লৈবা তাখি। লৈবাক ঙাকপা কাংলুপ্না মচাবম হেন্না কাবমই, লৈবাক জয তৌদুনা শক্তি মখুৎনা পাযববদি কাংবু নত্রগা মী মহাক অদু ক্ষেত্রিশিংদা চন্দুনা ক্ষেত্রি হেক ওইবা যাবমই; অদুদগী হেন্দোক্কুনা মতমদুদা লৈবম্বা পুবোহিতসিং অদুনা কাংলুপ নত্রগা মহাক অদু মমাংঙৈগী আর্য্যশিংগী মবক্তা অকনবা, থৌনা ফবা, যাওখিবা অমগী মচা মশুনি হায়না হাযজিন্দুনা হেক্তা লাউথোকই।

আর্য্য হায়বা ব্বাহৈ অসি জাত্তি অমগী মমিংনি, লৌমীশিংবু কৌনবা মিংনি হায়বসি মুৎথ্রে, আর্য্য হায়বগা পুকচেন চাওবা হায়না খংনখ্রে; অনার্য্য হায়বগা অপংবা, কোইচৎ চৎপা জঙ্গলদা-বন্দা লৈবা কাংবু খংনখ্রে।

মতমদুদা লৈবম্বা ভাবতবাসীশিংনা তোখায থবসি ওথ্বোক্লা পামলমই, মখোযগী ব্বাখল, থবক, মথৌদাংবু তোঙান তোঙানবা শকক থোক্লা খাযদোকনিংলমই। সমাজবু কাংলপু মবি থোক্লা খাযদোকপদা নওনা মী অমগী পুন্সিবুসু মতাং মবি থোক্লা খাযদোকলমই – অহানবা (শকক) মতাং অঙাং ওইবিঁঙৈদগী পাখং ফাবকপা ফাওববু ছাত্রগী পুন্সি হাযনা থোল্লমই, মতম অসিদা মহৈ তমগদবনি লোয়নবা জ্ঞান তানগনি, লমচৎ-শাজৎ ফজবা তমগনি পুক্লিং ফাবা, লাকশিনবা চন্নবা হোৎনগনি, মী অমা ওইবদা চংবা মহৈ মশিং, গুণ তানশিনগনি। অনিশুবা মতাংদা মযুম পানগনি ওন তানগনি, স সাবদা লৈবদা মতিক চাবা মী অমা ওইনা যুম পুগনি। অহুমশুবা মতাংদা জ্ঞান লৈবা ফীবম তাবা মী অমা ওইগনি, মশাগী কান্নবা য়েংদনা অতৈ মীযামগী ফনবা থবক তৌগনি। ইবোই লোইবা মতাং অসিবু খ্বাইগা মবী লৈনদবা সংসাবদগী পোথাববা হায়নসু খংনৈ। অসুম্না চখবকপসিনা মী অমগী পুন্সিদা নাকল নাকল লেপ্পদুনা অমগা অমগা তিন্নবা যাদ্রবা মতাং অনি অমা অমুক মখোযনা পুথোবকলি; – মপুংফাবা মওংদা পুন্সিবু কান্নবা খংনা শীজিন্নবা; অনিশুবদা মীওইবগী মপোক্ত পোক্তনবা হোৎনবা (অমুক হন্না কবিগুম্বা জীব অমা ওইনা পোক্তনবা হোৎনবা)।

ভাবতভর্ষদা অমদি চীনদা লাইবিক হৈবা জ্ঞান লৈববু সমাজদা ব্বাংনা থাংগৎনবমই; লাইবিক লাইশু হৈবা মীওইশিংদি জ্ঞান য়াম্না লৈবা ধর্ম্ম লৈবা মীনি হায়না সম্মান তৌনবমই। লৈবাক ঙাকপা নিংথৌ, অঙম্বা লাম্মী পূম্বনা লাইবিক হৈবা মীদা খুবম্নবমই। মমাংঙৈদা ভাবতবর্ষদা চৎনবম্বা নিযমদি তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈবতনা অকনবা শক্লবমদে। মশাগী ওইজবা তানবা মতোমতগী ওইনত খনবনা অকনবা শক্লবমদে। মশাগী ওইজবা তানবা মতোমতগী ওইনত খনবগা সমাজগী ওইনা তৌফম থোকপগা অনিসি তিন্নবা যাবমদে। পোৎকী মমল লেপ্পা, সমাজগী, মীওইবগী ইজৎ ঙাক্লা লেংদবা ফীবম তানা থম্নবগীদমক বাখল খনবা জ্ঞান লৈবা মীওইশিংদা শিন্নবমই; মখোযদু সংসাবগা মবী লৈনবা মশাগী ওইজবা তানবা মী ওইবোইদৌবনি। মখোয়বু নমদুনা কবিগুম্বা অমা তৌহনবা নত্রগা মখোয়না মশাবু দণ্ডি ওইনা কবিগুম্বা অমা তৌহনবা লৈতে; মখোয়গী পুন্সি তোঙানবা তোপ-তোপ্পনি। সমাজগী চৎনবোল মতুং ইন্না অসিগুম্বা ব্বাখল খনবা দর্শনিক ওইবা মীওইশিংনা খ্বাইগী মকোক ওইবমই। নিংথৌনা, অঙম্বনা, লাম্মীনা, পূম্নমক্লা, মহাকপু ইকাইখুম্নবমই; মগাক্লা খ্বাইদগী ব্বাংবা থাক্তা লৈবমই। মখোয অসিগী ঙমথংদা নিংথৌ, লৈবাক্কী শাসন পুবা কাংবু অমদি লাম্মীনা মথং মথং লৈবমই; নিংথৌমচানচিংবসিনা মপাঙ্গল মথৌনা লৈ হায়দুনা খ্বাইগী মথক্তা হাইগৎনা লৈনবমদে। মবন মথুম য়াম্না লৈবগা মান-মর্য্যাদা হেক ফংনবমদে। লাম্মীশিংনা খ্বাইগী মকোকমক ওইদ্রবসু মখোয়দি অমবোমদা থাক ব্বাংনা লৈহনলমই; অদুবু চীনাদদি খ্বাইনা মখোয়বু তুক্কচবা মিৎযেংদা য়েংনবম্মী।

ময়াই চনবা যুক্তা খৃষ্টান ধর্ম্মদা, মতম-ফনা, ইউবোপ্পা চাওখৎলকপা মতমদা, সমাজগী, ধর্ম্মগী, লৈবাক শাসনগী, থবক থৌবম পুম্নমক্তা বোমান চার্চ্চনা খ্বাইগী মকোক ওইবমই, সবকাবগী লৈবাক শাসনগা মবী লৈনবা মতম মতমগী নিয়ম আইন শেম্বা মতমদা, মথক্তা হাযখিবা চৎনবী নিয়ম অসি মফম শিনবা থুংনা ঙাক্লা চৎনবমই। থবক ওইনা খুৎ থাবকপদসু মতম মতমগী ওইবা শক্তি পুম্নমক বোমান চার্চ্চগী মখুত্তা লৈবমই, চার্চ্চকী মখাদা চার্চ্চগী ওইনা লৈবম্বা নিংথৌমচাশিংনা নিংথৌ ওইবসি মখোয়গী সত্ব ওইবমই। ভাবত্তসু ব্রক্ষনশিংনা, মকওইনা, মখোয়গী মবক্তা লৈবা ব্বাখল খনবা দর্শন শাস্ত্র হৈবা কাংবুনা শক্তি পাযবমই, মখোয় নত্তবা কনা'মা লৈত্রে হায়না চাউথোক্লা খঞ্জবা ব্বাখলগা লোয়ননা পুবোহিত ওইবমই, মখোযনা ফংইবা খুদোংচাবদু মাংদনবা হোৎনবনা মখোযগী আশা ওইবমই। নিয়ম অসিনা তোঙান তোঙানবা মওংদা ভাবতবাসিশিংবু কয়া লাকশিল্লমই, লোয়ননা মহৈ মশিং মপুং ফানা হৈবা, পুকচেন চাওবা, লমচৎ ফজবা, মশাগী মগুণ ঙাক্লা চৎপা, কনাগুম্বা অমগীদমক মশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙম্বা নিপা অমা ওইনবা লাক্লবনা খ্বাইগী যীদম্নফম ওইবমই। মমাংউদা লৈবম্বা ব্রাহ্মণশিংনা ব্রাহ্মণ ওইনা পোকপগী খুদোংচাবা লৌদুনা অধর্ম্ম ওইবা থবক কযাসু তৌবমই, মখোয় অদু লাইবিক হৈতে, ধর্ম্ম যাওদে। অদুগুম্বা ব্রাহ্মণশিং অদুসু সমাজদা মান মর্য্যাদা মতিক চানা ফংলমই, শেন থুম য়াম্না পায়দুনা মতিক মগুণ লৈদুনা নত্তে, জ্ঞান লৈবা লাইবিক লাইশু হৈবা মীগী মচা-মশুনি হায়বত্তগী খুদোংচাবদু লৌবনি, অদুগা মখোযগী মপা মপুশিংনা লাইবিক যাম্না হৈবম্বা, পুকচেল চাওবা থবক কযা তৌবম্বা, মীগী ফনবা তৌবদা মশাগী ওইজবা পুম্নমক থাদোকখিবা পুম্নমকসি খল্লুবগা মপা মপুগী শক-মাই যেংদুনা অসিগুম্বা সমাজগী মনুংদা লৈবা মীনা মখোযনু সন্মান তৌবম্মনি। অসুম্না মখোযগী মপা মপুশিং অর্মদি মখোযগী মবক্তা লৈবম্বা লাইবিক লাইশু হৈবা মীশিং অদুগী খুদোংচাবদু মখোয পুম্নমক ফংলম্মী, সমাজনা মখোযবু ব্যবহাব তৌবাদ মখোযগা মহৈ মশীং হৈবা লাংক মগুণ লৈবদু যেংবননি, মখোযনা আফসতা লাইবা কম যেংদুনা তৌবা নত্তে। লাইবিক লাইশু হৈবা মতিক মগুণ . বা অং া মীবু ব্যবহাব তৌবা হাযবসি মতম শাংনা চৎনবকলবনি। ব্রক্ষণ নত্তবা অমদি অতোনবা জাত্তা পোকপা মীওই যাওবা, মতিকচানা খ্বাইনা সন্মান তৌবা অদুগা কবিগুম্বদা মুনি ঋষিমক ওইখিবগী, খুদম অমাদ বাবি মশীং লাকচমদনা নে। ফম্নাইবা, শক্তি পাযবা লাগ্মী হেক ওইবগা অসুম্না সন্মান তৌনবম্বা নত্তে, কনাগুম্বনা কবিগুম্বা তৌবমলবসু মদু কাবদগী অদুক তৌবনি।

ঙসি ফাওবদা, শেন য়াম্না পাযবনা শক্তি পাযববা মতম অসিদা যাওবা, মতম অমদা চৎনবম্বা চৎনবীদুনা মঙান মাত্রে, গান্ধিজী মশামক ব্রাহ্মন নত্তে, অদুবু ভাবত্তা মহাক্লা খ্বাইদগী মকোক, ময়ামগী লুচিংবা ওইবী; শেন তিংদনা, অচৌবা ফন্নাইবা ওইদনা, নমহাবা তৌদনা, মী কোটি কযাগী থম্মোই মহাক্লা জয তৌবী। জাত্তি অমগী চৎনবী কলচবগী যাম্না যজগা যুম্ফম হাযববু মর্সিনি, মসি জাতি খুদিংমক্লা ভাব তানা নৎত্রগা মপুং ফানা তাদনা ওইববসু ফজে হাযদবা য়াববোই অসিগুম্বা লুচিংবা নিপা অমদা সন্মান উৎলোইদবা কনা লৈবগে ?

ভাবতবাসী অমসুং ভাবত্তা লৈবা আর্য্যশিংগী কলচবগী মনুংগী মচাক্তি মখোযনা চৎলম্বা ধর্ম্মদা ঙম্নমক লৈবে, মখোযগী তোঙান তোঙানবা জাত্তি অর্মদি জাত্তিগী ওইনা লৈজবা লাইনিংদগী হাযবীবা ধর্ম্ম অসিনা থোযনা হেন্না বাংনা লৈবমই। মী অমনা মী অমগী মফমদা, প্রজানা নিংথৌগী মফমদা, নিংথৌনা প্রজাগী মফমদা তৌফম থোকপা কবম্না চৎকদবগে হাযবা পুম্নমকসিগী বাখল হার্যবিবা ধর্ম্ম অসিদা ঙম্না যাওববনি। "বিটা" হাযবসি জগৎ অসিদা লৈবিবা জীবশিংগী লমচৎ শাজৎ, চলা চলন পুম্নমকপু ঙাকলিবা, লমচৎ শাজৎকী নিযম ইবা লাইবিকনি, মসিদা য়াওদবা অমতা লৈত্রবনি; অদুগা ধর্ম্ম মশামক বিটাগী শকক মচেৎ অর্মনি। মসিগী মতুংইন্না মীওইববু চৎহন্নিংদুনা কবিগুম্বা হুকুম অমা লৈববদি, মদুগা চান্নবা মী মহাক অদুনা চথবা তারানি, থবক পুম্নমক পাংথোকপা তাবনি। মী অমনা মাগী মথৌ তৌববদি, অদুগা নিয়মগী মখাদা মবম চানা চথববদি মানা তৌবিবা থবক্কী মহৈসু চপচানা অদুম মফংগনি। অসিগুম্বা অচুম্বা অসিবু অমুক কনশিন্না হায়কবগী কান্নফম লৈতে। মতম অমদা তৌনবম্বা চৎনবম্বা শকক খবমখৈদা হৌজিকমক ভাবতকী মফম অয়াম্বদা ঐখোয়না উবি। হৌজিক্কী মতমগী অচুম্বা তৌফম থোকপা, মী খুদিংগী মহৌশানা লৈজবা ক্ষমতা, সমাজগী অমদি জাত্তিগী ওইনা লৈবিবা ক্ষমতা অসিগা হান্না লৈবম্বা অসিগা খেৎনৈ, খংবা য়াবমখৈ, মান্নদনা ময়েক-লানা শেংনা লৈবি।

# মরিশুবা পন্দুপ

## নিপানশুবা তাংকক

# ভারতকী কলচরগী পুন্সি

মমাংঙৈগী মতমদগী হৌদুনা, সভ্যতা অমদি খুৎশা হৈবা, লৌউ-শীংউবগী চাওখৎপা লৈরকপসি ঐখোয়না উরক্লবনি; চহি যুগ কয়া চুপ্পা অসিগুম্বা নিংথিজরবা চাউখৎ খোংথাংসি ইকায় কায়দনা চত্থরকপনি। হৌজিক্কী মতম ফাওবদা অতৎ-অখম লৈতনা অহোংবা কয়া লাকলি; অদুবু লাক্ল-লাক্ল চাওখৎপগী খুদম মুৎপা লৈরকত্রি। পৃথিবী শিনবা থুংনা খংনরবা চাওখৎপগী মিৎয়েং, অমদি ফীদমনফম ওইববা ৱাখলগী মখাদা হৌরকফমগী চেৎলবা য়ুম্ফম, অমদি লৈবাক নিংথিনা ঙাকপগী ৱাখলনা সাহিত্য, দর্শন শাস্ত্র, খুৎ হৈবা, জগোই-ঈশৈ, দ্রামা, অমদি নুপিগী মকুওইবা থবক থৌরম পুম্নমকপু মরা চেৎনা মওং অমা তানা থমলি। তোঙান তাবা, থেংউ-থেংউ খুদিংবু ওক্টোপসনা তৌবগুম কন্না ফাজনবা, লেংদনা লৈবকইবা হোংদোকত্রিবমখেং, লৈগদৌবিবা, শোক্ল পন্নবা য়াদবা, হৌজিক ফাওবদা লৈরিবা কাংলুপ খায়দোকপা, পুম্নমক অসি ঐখোয়না ভারত্তা উবি। মতম অমদা কেনা-মৌনা লৈরম্বা, মতম অদুগী সমাজগী শেমগৎ-শাগৎপা চৎনবোলবু কনশিনহনগে শিংনবা, মসি পুম্বনা হান্নদগী চৎনবকইবা নিয়মবু শেমগৎ-শাগৎপা থৌবাং, কন্না খংদনা চাওখৎলম্মী, সীকলবা কা মনুংদা, খংবীনবা কনা লৈতনা/ মদুনা মমৈদদি, মতম অমদা যৌনা চাওখৎলমই হাযবদুগী মতেংনা, ঙাক-শেন্দুনা থম্না তারম্মী। মাইকৈ শিনবা থুংনা শন্দোক্লমগদবা চাওখৎ খোংথাংগী মরু ওইবা মশাগী ওইবা শক্তিনা কল্লবা চেকপনগী মনুংদা নৈশিন্দুনা লৈরকইবসি কুইবক্লবনি নৎলমদ্রবদি অসিগুম্বা শক্তিনা ভাবত শিনথুংবত নত্তনা নোংপোক সমুদ্র তোর্ব্বান যৌনা সন্দোক্লমগদবনি; অদুবু মনুংদতা নৈশিন্দুনা লেংদনা লৈবনা অতৎ অখম লৈতনা তত্তনা অৱাবা নাংলকলি, তত্তনা লান্দারক্লবা লম্বী ফাৎলি। প্রোফেসাব মেকডোলেননা হায়রমই মহাক্লা ইবা হিস্টোবি ওফ সংস্কৃত লিটবেচবদা "ভারতকী সাহিত্যগী কান্নবা মরুওইবদি পুল্লপ্পা য়াওবি ভারতবর্ষগী য়েলহৌঙৈগী হৌরকফমদা।" খৃষ্টনা পোক্কদবা শকাব্দি মরি ৱাংলিঙৈগী লোয়রমদাই শরুক্তা, গ্রীফনা ভাবত্তা লান্দারকপা মতমদা, মীরৈবাক্কী মীখুৎ চংদবা ভারতবাসীতগী ওইবা জাত্তিগী কলচর লৈজরম্মী। পার্সিয়ান, গ্রীফ, সাইঠিযান অমদি মুর্সলিম্না অরেপ্পা লৈতনা লান্দারকলবসু, লৈবাক খুদুম চল্লবসু, বৃটিসনা ভাবত লৌশিনবা মতম ফাওবদা ইন্দু-এরিয়ান জাত্তিগী অমদি মখোয়গী সাহিত্যগী চাওখৎপদি, কনানা হোংহনবা শেমদোকপা ঙমদনা লেংদনা লৈবকলি। অসুন্না মশাগী ওইনা লৈবকইবা অসি ইন্দু-ইয়ুরোপিয়ান কাংবুগী তোঙান তোঙানবা জাত্তিগী থোকখিদ্রি। মশাগী লোন, সাহিত্য, ধর্ম্ম-কর্ম্মদা থাজদবা, দ্রামা অমদি সমাজগী চৎনরোল কনা অমনা খুৎ থিংজিন্দনা চহি ৩,০০০ হেন্না চাওখৎ-খোংথাং নাইনা চত্থরকইবসি চীনা নত্তবা করম্না লৈবাক্লা খোংগুন লিবা ঙমইবগে

হৌজিক ফাওবদা ভারতবর্ষনা নাইতোম তোঙান লেপত্রি; ইতিহাসকী শাংলবা মতম চুপ্পদা, ইরানী, গ্রীফ, চীনা, মধ্য-এশিয়াদা লৈবা কাংবু অমদি অতৈ জাত্তিগা তৎন থানবা লৈতনা লৈমিন্নরকলি। মশাগী ওইবা কলচরগা হায়রিবা লৈবাকশিং অসিগীগা তিনশিন্নদুনা হিংমিন্নরম্লবদি অদুম্না তিনশিন্নরবা কলচরগীসু লৈফম থোকপা মপাঙ্গল লৈরমগদবনি; অদুগুম্বা মপাঙ্গল অদুনা মনুংগী ওইবা মরু ওইবা শরুক অমদি পুন্সিগী ওইবা কান্নবা শরুক শেমগৎলমগদবনি। চহি লিশিং অহুম মরি অসি লেপ্তুনা কলচরনা চাওখৎ খোংথাং লেপ্তুনা চত্থরকপনা, চৎথরকইবা অসিমক পনবা য়াবা ৱাফমনি। নোংপোক হারমদা চার্চ্চা কন্না তৌরম্লবা মমিং চৎলবা পণ্ডিত মেক্স মুল্লারনা থোয়না কনশিন্না হায়রমই, "তশেংনমক, য়েলহৌঙৈগী মতমদগী হৌজিক ফাওবদা শরক শিবা লৈতনা চহি লিশিং অহুমলোম হেন্না শাংথনা মমাংঙৈগী ওইবা কুইরবা হিন্দুগী ৱাখল ফীরেপ অদু চত্থরক্কনি।" (১৮৮২ দা ইংলণ্ডা কেন্ব্রিজ ইউনিভর্সিটিদা ৱা ঙাংবদা) অখাংকনবগা

লোয়ননা থীজিনবদা ফংবা জ্ঞানগী ইথক্তা তাওদুনা মহাক্রা অসুম্না অমুকসু হায়রমই – "If we are to look over the whole world to find out the country most richly endowed will all the wealth, power, and beauty that nature can hertow – in some parts a very paradise on earth – I should point to India If I were asked under what sky the human mind has most fully developed some of its choicest fights, has most deeply pondered over the greatest problems of life, and has ferend solutions of some of them which well deserve the attention been of those who have studied Plato and Kant – I should point to India And if I were to ask myself from what literature we hear in Europe, we who have been nurtured almost exclusively on the thoughts of Greeks and Romans and of one Semitic race, the Jewish, may draw the corrective which is most wanted in order to make our inner life more perfect, more comprehensive, more universal, in fact more truly human a life, not for this life only, but a transfigured and eternal life – again I should point to India."

চহি যাংখৈবোমগী ম তুংদা বোমেইন বোল্লাগুনা, চপ মান্নবা মওংদা ইবমই, "If there is a place on the face of the earth where all the dreams of living men have found a home from the very earliest days when man began the dream of existence, it is India "

# মরিশুবা পন্দুপ

## মাপলশুবা তাংকক

## উপনিষদ

খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৮০০ লোম ৱাংলিঙৈ মতমদগী হৌদুনা ইন্দু-এরিয়ানগী ৱাখলগী চাওখৎ খোংথাংদা উপনিষদনা চাওববা খোংফম অমা হেন্না চংশিনহল্লমই — মদু চাওরবা খোংচৎনি। আর্য্যাশিংনা নিংজবা মতম কুইনা লৈরমই; চাওখৎপা, সভ্যতা মবা চেৎনা হেনগৎলমই; আর্য্যশিংগী ৱাখল অমদি লমজিং মখাদা, হান্না লৈরম্বগা অনৌবা খুন্দারকপগা অমতা ওইনা পুনশিল্লমই; অদুম্নদি ওইরগা য়েলহৌঙৈদগী লৈবক্লবা লাইনিং লাইশোনদি লেংদনা অদুম মরেমই। থবক থৌদোক খুদিংদা, থাজবা, বেদশিংদা য়েংনরমই; অদুম্নদি ওইরগা ৱাহৈগী ওন্ন-তৈনবা অর্থ লৌরমই। বেদগী লাইশিংবু থাজরমদে; পুরোহিতশিংনা তৌবা পূজা-আর্চ্চবু করেম-কথায়নরমই। অদুম্নদি ওইরগা য়েলহৌঙৈদগী চৎনরক্লবা নিয়মবু থুগায়নবদি হোৎনরমদে; হৌখ্রবা মতমগী থবকপু চাওখৎ খোংথাংগী হৌরকফমনি হায়না লৌনরমই।

উপনিষদশিংনা, থিজিন্নবা, কান তানশিন্নবা, পোৎকী অচুম্বা পুথোকপা পামহনবা, শক্তি পাঙ্গলগা কোন্নবা, পোকপদগী কোন্নরকলবা জ্ঞান ওইনা লৌনরমই। তশেংনমক, হৌজিক মতমদগী বিজ্ঞানগী খুৎশু খুৎলায়না তৌবগুম মপানগী ওইবা উপায়না অচুম্বা থিবা নত্তে; অদুম্নদি ওইবগা বিজ্ঞানগী নিয়ম মতুংইন্না শীজিন্নদুনা অচুম্বা থিরমই। অসুম্না তৌবসিদা, তম্বদগী, মীনা হায়বদগী পোকপা থাজবনা চংউবা য়াদে। হৌজিক ঐখোয়না তৌরিবা অসিগা মবী লৈনদবা, অর্থ য়াওদবা কবিসু কান্নদবা কোঙ্গাই অমা য়াওরমই। মশাবু থাজজবা, মশামক্কী লৈজবা জ্ঞান, মশানা হাযরগা লোয়রে খঞ্জবা জ্ঞান্না মকনি হায়না কন্না লৌনরমই। মপানগী ওইনা লৈবা পৃথিবীগী পোৎশিংবু অচুম্বা নত্তনা অবানবনি হায়না লৌদে, মবী লৈনবা মওংদা হায়রগা, মনুং থুপ্পা লৈবা অচুম্বগী শককনি হায়না লৌরমই।

উপনিষদকী মনুংদা চমম্লবা, লৌনিংবা অর্থ লৌবা য়াবা, কযা য়াওরি; অদুনা অর্থ হন্নবকপা মতমদা অমগা অমগা খেৎনৈ। তৌইগুম্বসুং ৱাখল খনবা মী অমদি পণ্ডিতশিংগী ওইনা করিগুম্বা অমা লৈ। পোৎ অমতনি, লাই অমতনি, হাযবনা সধাবন থাজবা ওইরম্মী; মাইকৈ অসোমদা চংশিল্লকইবা পূম্নমক্কী, খেৎনবা মত লৈতনবা হোৎনরমই; খেৎনবা হেক লৈবদা মৈ হৌবমখৈ মবৈ য়েৎনবা তাবনি মসি অমতা ওইনা পুনশিন্নবগী নিয়মনি। মিত্রং যাদু তৌবা পাম্বা, মশামক মীওই-লাইওইবগী জ্ঞান লৈ হায়না খঞ্জবা অসিবু, য়াম্না শাথিনা য়ারমদে; পুক্লিং নুংঙাইবা পোকহন্দবা আর্চ্চ-পূজাদি অরেম্বনি, তৌবগী কান্নদে হায়নরমই, ভাব তারবনি, জ্ঞান লৈববনি, পূজা আর্চ্চ তৌবদা খং-হৈরবনি, হায়না মশানা খঞ্জদুনা আর্চ্চা-পূজা তৌনবা লেকহল্লিবা মখোয় অদুনা তৌবা থবক মহৈ য়ানবা ঙমদে; মিৎ তাংবনা মিৎ তাংবা ময়াম অমা খুৎশমদুনা তুবোই ঙামলোয় মাইকৈ শল্লাই খংদনা চৎপগা অন্মানি। বেদশিং অসিদা ইরিবসি জ্ঞানগী শরুক ৱাংলি হাযনা লৌনরমই; অদুম্নদি ওইরগা মনুংদা চেল্লিবা ৱাখলগী ঈচৈনদি ৱাংলবা থাক্কী জ্ঞান লৈবা ওইনা তৌই। লমচৎ শাজৎ ফজবা নিয়ম ঙাক্রবদি দর্শন শাস্ত্র তমলোয়দবনি হাযনা খংনবা অমা লৈ। সমাজগী চৎনরোলগা মপানগী ওইবা জ্ঞানগী খোংচৎকা খুৎশম্লনা পুন্না চৎমিন্ননবা অরেপ্পা লৈতনা হোৎনবম্মী। হিংনবগীদমক তৌফম থোকপা থবক, অতোপ্পা মীগী মফমদা চৎনবীগী মখাদা তৌফম থোকপা থবক, অনি অসিমক তোঙান্না তোপ-তোপ্পা উরবসু পাংথোক্কবা ইয়া যাদ্রবনি।

মী অমবু মপুংফাবা মী অমা ওইরে হায়বসি হায়মনবা থোকই; মসিনা মীওইবা সমাজবু ৱাহল্লি। মীওইবদগী হেন্না চাওবা লৈতে হায়রি উপনিষদনা মীওইবা সমাজদি মরা চেৎনা লৈতারবনি; অদুনা মীওইবগী ৱাখলনা অরেপ্পা লৈতনা খল্লি মশামক করম তৌরগা মপুং ফাহনগদগে হায়না; মসি ফংনবা থিবদা কোয়রি ৱাখলনা স্বর্গ য়ৌনা অমুকসু চংশিনম্রি

থম্মোইগী থুপ্পবা কাটিন তান্না। অসুম্না থায়নগী ভারতবাসিশিংনা হোৎনরম্বসি, খন্নবসি, পুকচেল পীকপা জাতিগী ওইনা নত্তে; করিগুম্বদা খল্লবসু ভারতবর্ষ অসি পৃথিবীগী অরুম্বা পুবা ময়াই থোকপা শরুকনি হায়না। অসুম্না করি করিগুম্না মতমদা খনখি চীনানা গ্রীক্লা অমদি রোম্না। মহাভারত্তা হিরি, "মীওইবনা থম্না লৈরবা পৃথিবীসি অমনা অমবু তেংবাংবা ইন্দ্রি কয়ানা পুনশিল্লবা হকচাং অমনি।"

মহৌশা খুৎশেমগী মনুংদা লৈরিবা অচুম্বা হায়বদুগী মরমদা ব্রাহং কয়া নৈনরী উপনিষদতা; মদু লৌশিনবদা ঐঙোন্দা খরা ব্রানা থোকই; নিয়ম কয়ানা অমদি ইখন খন্দনা হেক্তা থাজবনা, তত্তনা মশক খংহন্দনবা কুপশিল্লবা মরমশিং অসি, মশক অশেংবা খংননবা চংশিল্লকপসিনা ঐঙোন্দা ব্রাখল অমা পোকহল্লি। চংশিল্লকইবসি দর্শন্নিক ওই; ধম্মগী ওইনা তৌদে। ঐহাক্লা পামই, ব্রাখলগী শক্তি, হংইবা ব্রাহং অমদি মবম চাবা য়ুম্ফম। ওঝা অমসুং ছাত্র অনিগী মরক্তা হংনবা, খুম্নবা তেম্না, শম্না ময়েক চুম্নবা ব্রাহং-প্রাওখুম মওংনি। অদুগা অসুম্নসু হায়নৈ উপনিষদ হায়বসি ওঝানা ঙাংবা তাকপা অদু ছাত্রনা ইশিলহৌবনি। প্রোফেসর, এফ, ডবুলউ, থোমাসনা, মানা ইবা মাগী লাইরিক ডি লিগেসি ওফ ইণ্ডিয়াদা হায়, "what gives to the Upanishads their unique quality and unfailing human appeal is an earnest sincerity of tone, as of friends conferring upon matters of deep concern " সি, রাজগোপালচারিনা ময়েক শেংনা হায়, "The specious imagination, the majestic sweep of thought, and the almost reckless spirit of exploration with which, urged by the compelling thirst for thurth, the upanishad teachers and pupils dig into the 'open secret' of the universe, make this most ancient of the world's holy books still the most modern and most satisfving."

উপনিষদকী মরু ওইবা মবমসু অচুম্বগী মখা পোনবনি। অচুম্বতনা মাইপাকই, অরানবনা নত্তে। অচুম্বগী লম্বীনি ঈশ্বর ফংনবা লম্বীদি। খাইনা খংনববা তান্নবিবা খোংহৌসু জ্ঞান অমদি খংজিনবনি। ওইদবদগী লমজিংবুয়ু ঐহাকপু অওইবা তান্ন! অমম্বদগী লমজিংবীয়ু অঙানবা তান্না! অশিবদগী ঐহাকপু চিংবীয়ু শিদবা তান্না!

পোথাফম খংদ্রবা ব্রাখলগী মিৎয়েংনা যেংলি হন্না হন্না মূনা মূনা, তত্তনা থীবি, তত্তনা হংলি, কনাগী য়াথং মতুং ইন্না ব্রাখলনা করম্বা খোযদাফম থক্তা খোংথুংলগদৌরিবা? কনাগী য়াথং মতুং ইন্না পুন্সি অসি চথগদৌরিবা? কনানা তাকপা মতুং ইন্না মীওইবনা ব্রাহে অসি হায়গদৌরিবা? করম্বা লায়না মিৎ, নাকোংবু লমজিংবীদৌরিবা? অদুগা অমুকসু; নুংশিংনা করিগী তুমিন্না লেপত্রিবা? মীওইবগী ব্রাখলনা করিগী লৈতাদ্রিবা? কদাইদা কনা থীরিবা ঈশিংনা, মিৎনা কুপ্পা অমতং লেপ্পুনা চেম্বনা! অওৎপা লৈতনা কৌবনা মীওইবগী থৌনা ফবগী খোংচৎ ওইরি; পোথাফম লৈতে লমখাংদা; অদুগা চৎলিবা খোংচৎকী অরোইবসু নাইদ্রে। ঐত্রেয় ব্রহ্মণনা ইবা শৈরেংদা য়াওবি, "ঐখোয়না চৎকদবা খোংচৎকী লৈরোই অবোইবা; শাংবনা, লোযবা খম্বা নাইদবা লম্বেলনি; শৈবেং খুদিংদা উৎলি অথিংবা অমা তত্তনা : "চরাইবেটি, চরাইবেটি – " 'অদুনা, হে লম্বীচৎপা চথখো চথখো।"

ধর্ম্ম তৎন-থানবা লৈত্রবা অসিফাওবদা ফংবা ঙমদ্রি থিরিবা অপুম্বা, শক্তি-পাঙ্গল লৈববা লাইগী মাংদা কোক নোনবা লৈত্রি। ব্রাখলনা ঙমলবনি মসি, ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা পূম্ববু। "উৎ ওইনা তুমলগনি ঐহাক্কী হকচাং, শিবা লৈত্রবা, পোখাদ্রবা নুংশিংকা তিন্নরগনি ঐগী নুংশাশ্বর, তৌইগুম্বসুং নত্তে তিন্নগদবা ঐ ঐগী থবক্কা। অদুনা হে পুকনিং, নিংশিংউ মসি মতম পুম্বদা মসি নিংশিংউ।" অয়ুক অঙনবদা নুমিৎ খুরম্বদা অসুম্না হায়রকই, "হে মশেক মঙান চাওরবা (নুমিৎ) অঙানবা, নহাক্লা ওইরিবা অদুমক ওইনা, নহাকপু শেম্লম্বগুম শেম্লম্বা মী ঐহাক্লি।" কয়া চেৎশিন্না থাজগ্রবা।

থবাই হায়বসি করিনো? মসি শন্দোক্লা তাকপা ঙমদে অদুগা তাক্লবা চপচাবা ব্রাহৈসু লৈতে, ফোংদোকপা নত্তনা, ওন্ন-তৈনবা ব্রাহৈনা : "মসিসু নত্তে, নত্তে মসিমসু!" নত্রগা ফোংদোকপা ওন্ন-তৈনবা ব্রাহৈনা : "মদু নহাক্লি"। থবাই (আত্মা) হায়বসি কাপথোরকপা মৈরিক্লা ঙহাক ঙাল্লম্নগা, মতমপুম্বদা ঙান্দুনা ঙাক লৈবা (মরুওইবা) মপুংওইবা থবাইদা

(পরমাত্মা) অমুক তিনশিনখিবা অদুগুম্না মৈরিকনি। "মপুংওইবা, অমত ওইবা মৈবুন্না, তারকপদা পৃথিথক্ত ইচাই-চাইনা, চাকথেকপদা মৈরিক মচা-মচানা, ওইরকই তোঙান তোঙানবা শক্তম, চাকথেকউবা মতুং ইন্না মৈরিক্তুনা, অদুন্নদি ওইরগা অরেপ্পা মওং লৈতে মৈরি অদুগী লৈরবসু তোঙান তোঙানবা শক্তম মৈরিক্লা নুংদা লৈগ্রবা পোৎশক্লা।" পোৎ পূম্নমক্কী মরু ওইবা মরূ অমতনি হায়না খংইবা জ্ঞান্না, পোৎশিং অদুগা ঐখোয়গী মরক্তা খল্লিবা পনখৈ অদুবু অমুকসু মাংহল্লি; অমুকসু মীওইবগা প্রকৃতিগা অমতা ওইনা পুনশিল্লি হায়না খল্লিবা অমতা ওইবা ৱাখলবু ফাদোকহন্দুনা খ্বাইনা উনরিবা খংনরিবা সংসারদা তোঙান তোঙানবা শকলোন কয়াগী মরমদা লুপশিন্দুনা ইফা ফাদোকহল্লি চমন্নবা মখৈ। "পূম্নমক অমতনি হায়বা কনানা খংলি ঃ পূম্নমকপু অমতনি হায়না হেক খংলকপদা খংইবা মহাক অদুগী করম্বা অৱা-নুংঙাইবা লৈবগে, করম্বা মায়ানা মাবু খুদুম চনবা ঙমবগে ?" পূম্নমকপু পুল্লপ্পা অমতা ওইনা উরবা অমত ওইবা শক্তম্সু পূম্নমক্তা উরবদা কদায়দনো অপুনবা অমতা ওইবা শক্তম্না লোত্তুনা লৈগদবা।"

শাগৈ জাৎ অমদি কাংলুপ কয়াগী মরক্তা খল্লিবা পখ্তৈ পূম্নমকপু অমদি মনুং মপান খেৎনহল্লিবা পখ্তৈ ঙম্নমকপু লৌথোকপা লৈহন্দবা ঙমলিবা মিৎয়েং অমতগী লিচিংগী ৱাখল খনবা ঙমইবা, ইন্দু-অরিয়ানশিংনা তোঙান তোঙানবা পোৎশক কয়ামরুমগা পূম্নমক্তগী তোপ-তোপ্পা তোঙানবা পোৎশক অমতগা অনিগী মরক্তা খেৎনবা, মান্নবা পুথোকলীবা অসিমক চার্চ্চা তৌবদা নুংঙাইবা পোকই। মনুং অমসুং মপান হায়রিবা অসিমক প্রকৃতিগী অচুম্বা কদায়দা লৈবগে হায়না থিবগী মথি মখল অমনি। "পূম্নমক্তা, অমত ওইবা শক্তম উবা ঙম্নবা, লোয়ননা পূম্নমকপু অমতা ওইবা শক্তম ওইনা উবা ঙম্নবা মহাক অদুনা জীবা অমতবু তুক্কচ্চবা মিৎয়েংনা য়েংবা ঙম্লোই।" মসিনা ৱাখল খনবগী পরিংদা ইবা নিয়ম ওইববসু ঐখোয়না করিমতা চিংনফম লৈতে মদুদি মসিনা মীওইবগী পুন্সিবু মুন্না মশক খংহনগনি, থাজবগী লম্বীদা খুরৌ চেন্দনা ৱাখল খলহন্দুনা, হিংবা অমদি হিংহন্নবগী শক্তি অমদি অপাম্বা পোকহন্নবগী খাংবা কনবা, অচুম্বা মরম চাবা কয়া পুথোকপা ঙমহনগনি; মসিমক চীনাশিংনা তৌবগুম্না, ভাবতকী কলচরবু লার্কশিন্দুনা চথরম্বা ৱাখল পবিংনি। ধর্ম্ম অমদি কল্চরদা অমগা অমগা য়েংথিনদবা ক্রুক ক্রুক য়েংশিনন্নদবা তৌরমদবনা মরম ওইদুনা, লোয়বা পখ্তৈ লৈতবা ৱাখল খনবগী পখিং অমা য়াত্তুনা থনমই, ঐখোয়গী মতম কয়াগী মমাংদা লৈরম্বা শিংলবা জ্ঞান লৈরবা সভ্যতাদা।

উপনিষদতা য়াথং অমা য়াওবি; ৱাহং অদুগা য়াম্না ঙক্লবা, অর্থ মপুংফারবা পাওখুমসু পীরি। ৱাহং – জগৎ অসি করিনো ? কদাইদগী হৌরকপনো ? কদায় তান্না চৎকদৌরিবনো ? পাওখুম – নিংতম্না হৌরকপনি। নিংতম্না লৈরি। নিংতম্না লোয়শিনখিনি। তশেংবমক মসি করি হায়রিবনো। ঐহাক ভাব তাবা ঙমদে, অদুগা উপনিষদপু ইরম্বশিংনা নিংতম্ববু য়াম্না পাম্না পকশিল্লমই; নিংতম্বগী মওংদা পোৎ পূম্নমক উনিংলমই। হায়রিবা অসিমক স্বামী ভিবেকানন্দনসু কন্না হায়রমই।

লাপথ্রবা মতমগী মনুংদা ঐখোয় ইশামক পুশিনবা অদুগা মতম অদুগী ৱাখলগী ইচেন্দা তাওথবা হায়বসিমক ঐখোয়দা লায়না থোক্তে। মদুমক ইগদবা অদুসু ওম্থোকপা অমা ওইনা থোকই, মদু ঐখোয়না হৈনবা নত্তে, য়েংবদা মরিং মরাংই, ইথোকপদা লুনা থোকই, পুন্সিগী হৌরকফম ফাওবা হায়দোকপদা লুই। ঙসি লৈরিবা পোৎ পূম্নমক, লৈরিবা মওংদা, ঐখোয়না অসুম লৌবা তাবনি মরমদি মদু ঐখোয়না হৈনরবনি, ঐখোয়না চুশিন্নরবনি। অদুমক্তদা, মখোয় অসিদা অঙকপা চপচাবা মরম থিবা খংদবা অমা ময়াওরি। অদুগা ঐখোয়গা চুশিন্নদ্রিবশিং অদুদি খংবদা অমদি চুমই হায়বদা লুনা থোকলি। অকবা কয়া, লাম্থোকপা ঙমদ্রবা পাকচাওরবা পল কয়া, লৈরবা ফাওবদা উপনিষদতা ইরিবা শরুক অদুনা অতাবা মীওই কয়াদা তানিংবা ঋৌরাংবা পোকহল্লি লোয়ননা জাত্তি অমগী লমচৎ-শাজৎ অমদি ৱাখলবু তৌবা ঙম্বা শক্তিগা লোয়ননা মওং লাকলি। ব্লুফিল্ডনা হায়, "হিন্দুগী ৱাখলদা মরু ওইবা কান্নবা করিমত্তা য়াওদে, য়াম্না চেত্তবা বুদ্ধ ধর্ম্মগী শরুক্তি ময়াওরি মদুমক উপনিষদতা য়াওদবা (মরূ ফুকতোকপা) নত্তে।"

মমাংঙৈগী মতমদা ভারত্তা খন্নরম্বা ৱাখলনা ইরান ফাওদুনা গ্রীকী ৱাখলদা চংশিনখি। অসুম্না, মফম অদুদা লৈবা ৱাখল খনবা দর্শন শাস্ত্রগী মীওইশিংবু হোয়দুনা পুখি। কায়নথংদা প্রোটিনসনা, ইরান অমসুং ভারতকী দর্শন শাস্ত্র তম্বা,

নোংপোক মাইকৈদা লাকলম্মী; উপনিষদকী অঙকপা হীরম কয়ানা মহাকপু নমদুনা হোয়দুনা পুখি। প্লোটিনসতগী উপনিষদকী ৱাখল অয়াম্বা স্টে আগষ্টিন্না খংখি; মহাক্না খংখিবা অদুমক হৌজিক ওইরিবা খৃষ্টান* ধর্ম্মদা অমুক চংশিনখি।

চহি চাময়াম্থোগী মমাংদা ইউরোপনা খংখিবা ভারতকী দর্শন শাস্ত্র অদুনা, ইউরোপতা লৈবা ৱাখল খনবা দর্শন শাস্ত্র খংবা মীওইশিংদা ওম্বোক্না কনশিনবা ৱাখল অমা পোকহনখি। মসিগী মরমদা, ফত্তবা শরুক্তমক উবা স্কোপেনহাউয়ারনা তত্তনা হায়, "(উপনিষদকী) ৱাহৈ পরেং খুদিংদগী লুরবা, ৱাংলবা শেংলবা, হেক খংনিংবা মচাক্না থল্লি . . . . . উপনিষদতা য়াওরিবা অসিগুম্বা অসুক ৱাংবা অসুক কান্নবা . . . . . . খংনিংঙাই ওইবদি পৃথিবীদা য়াওদে লৈতে . . . . . (মখোয়সে) ৱাংলবা ৱাখলদগী থোকপনি . . . . . থুববসু নত্রগা তপ্পবসু মসি মীওইবগী থাজবা ওইয়ু হায়না লায়বক্ত তমগ্রবনি।" অদুগা অমুকসু অসুম্না হায়রমই, "উপনিষদ তম্বনা, পাবনা, ঐগী পুন্সিগী অৱাবা ফাওহন্দুনা নুংঙাইহল্লি; (ঐহাক্না শিরবসু) মসিনা ঐঙোন্দা শিবগী নুংঙাইবদু পোকহনগনি।" মসিগী মরমদা ইদুনা মেক্স মুল্লারনা হায়, "স্কোপেনহাউয়ারদি, মানা থোকপা পংইদা ইদুনা ইকোন কোনবা মীনি; মপানগী সংসারগী ওইবা চমমনবা ৱাখলদা তাওবদা ময়াই কাজবা মীওই অমনি মহাক্তি। বেদান্তবু য়াম্না মহাক্না পামশিল্লম্বদু ঐহাকসু শকক য়ারিবনি; বেদান্তবু ইবিরমইবা মদুবু, ঐখোয়না পাজবা ফংইবসি ঐখোয় লম্মন তোল্লবনি হায়বদা ঐহাক ইকাইবা, অকীবা, করিমতা পোক্তে। পুন্সি চুপ্না চৎকদৌরিবা খোংথাং খুদিংদা মসিনা মতেং পাংলি।"

অতোপ্পা মফম অমদা মেক্স মুল্লাবনা হায়, "উপনিষদশিংসি . . . হৌফমনি . . . বেদান্ত দর্শন শাস্ত্রগী ঐনা খনবদি বেদান্ত দর্শন শাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না মীওইবনা খম্বনা মাগী ৱাংথ্রবা পম্বুংফম য়ৌবা ঙমই।" "বেদান্তগী মবমদা ইবা লাইবিক পাদুনা ঐগী নুংঙাইববা মতম অদু লেল্লমই। ঐঙোন্দদি মখোয়দু অঙনবা অয়ুক্কী মঙালনি, ৱাংলবা চীংজাওদা হুম্বা শেংলবা নুংশিৎনি – অমুক্তংবু খংখিবদা ওম্বোক্না লায়থ্রে, ওম্বোক্না চুমথ্রে।

উপনিষদ অমদি খবা কোম্বনা থোবকপা ভগবত গীতাগী মবমদা, লৈশি লৈথোনবা ৱাহৈনা এঃ ইঃ (জি ডব্লিউ বসসসেল), অর্নগুগী কবিনা হায়খি ঃ "গোষ্ঠে, ৱার্ডসৱার্ড, ইমার্সোন, অমসুং ঠেরিউ হৌজিক মতমগীদা হায়রগা, হায়রিবা কবিশিং অসিদা কানবা লৈবগা লোয়ননা মশাগী জ্ঞান অমসু লৈ; মখোয়না হায়খিবদু ঐখোয়না ফংবা ঙমদে (থিবদা ৱাই) অদম্মদি ওইবগা নোংপোক মাইকৈগী শেংলবা চাওরবা লাইরিকশিংদদি মদুদগী হেনবা য়াম্না হেন্না য়াওরি। আত্মামক্না চুমলে হায়না লৌরবা পোৎ-জীব খুদিংগী অচুম্বা ইন্দ্রিয়েগী মমাংদা থৱাই পানবা জীব লিশিং লিশিংগী অপাম্বা করিনো হায়বসি য়াম্না চনিং তানা মখোয়না য়েংশিনথ্রবনি; লাইগুম্লবা, পুম্নমক্কী জ্ঞানগী মপুং মঁরে ফারবা শরুক ভাগবত গীতা অমদি উপনিষদতা য়াওরি।*

---

* *উপনিষদ্‌শিংগী উপনিষদ্ অমদা (ছন্দগ্যাদা) ওইথোক্তবা পাবদদি নুংঙাইবা শরুক অমা য়াওরি ঃ "নুমিৎ কপৌনুংদা থোকবা, তাবা লৈতে। মীওইবনা মশানা নুমিৎ তারে হেক নিংবগা মহাক মশামক নুমিৎ অদুগী (অমুক নুংথিনগী) অরোইবা শরুক য়ৌরদুনা মপুক্রিং হোংই; মশানা নুমিদাং ওইহন্জে মতমদুনা অতোপ্পা ওন্থৈনবা মাইকৈদা অমুক নুংথিন ওই। মীওইবনা মশামক অয়ুক্কী লম য়ৌরে থক্তবা মতমদা মহাক মশামক নুমিদাংগী অরোইবা শরুক য়ৌই; লোয়ননা অমুক নুংথিন ওই; মতমদুনা ওন্থৈনবা মাইকৈদা অহিং ওই। অশেংবমক্তি নুমিৎ তাবা লৈতে।"*

# মরিশুবা পন্দুপ

## তরাশুবা তাংকক

## দর্শন শাস্ত্র অমতনি হায়বগী কান্নবা কান্নদবা

কান্নবা মচাওখৎ ফংনবা হোৎনগে হায়রবদি হকচাং মতিকচানা কলহনগনি পুকচেল শেংগনি, হকচাং অমসুং ৱাখলবু নিয়ম অমগী মখাদা থমগনি হায়না তত্তনা, কন্না কন্না উপনিষদতা ইবি। জ্ঞান তানশিনগে অমদি থবক অমা পাংথোক্কে হায়ববদি অখাং কনবা, মশাগী অৱা-অনা খাংবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা তাই। ভাবত্তা খন্নবম্বা ৱাখল মতুং ইন্না, য়াম্না য়ৌশিন্না ৱাখল খনবা কাংবু অমদি (জ্ঞান লৈতবা) লাইরিক হৈতবা অতোনবা কাংবু ফাওবগী মরক্তা তপ-তপশ্যা তৌবগী ৱাখল অসি মথং মথং চত্থনবক্লকবনি। মসি হৌজিকসু চৎনরী অদুগা চহি লিশিং কয়াগী মমাংদসু চৎনবমলবনি; মহাত্মা গান্ধিগী লুচিং মখাদা মশা মশাগী অৱা-অনা অমদি হকচাংদা ফংবা লায়না কয়া খাংনখিবা, ভাবতবাসীশিংগী মপুক্লিংগী অবেপ্পা অদু খংলবদি, হায়রিবা অসিসু তৌদবা য়াদবনি হায়না খংবগা লোয়নননা থাগত্তবা য়াদে।

উপনিষদশিং ইবমইবা মীশিংগী, অমদি তাংলবা ৱাখলগী ইচেন্দা লুপ্তুনা চেষ্টবমলিবা মীশিংগী ৱাখলশিংসে, উপনিষদতা ইবিবা অসিবু ভাব তানা খংবা ওল্লবা খনগৎলবা মী কাংলুপ খবতগী মপুক্লিংদা (ৱাখলদতা) লৈশিন্দুনা লৈবম্বনি হায়বসি অচুম্বনি। মশীং লাকওম ফাওমদ্রবা মীয়ামগী, সাধারন, লৈজবা জ্ঞানগী ৱাংমা লাম্থোকপ্রবনি মখোযশিং অদু। মীয়ামগী মবক্তা শেমগৎ শাগৎলিবা মীশিং (মী মশীং), অয়াম্বা মতমদা, খবদনি, যাম্না য়ামদে। অদুম্নদি ওইবগা মী খবদনা নত্তে মী অযাম্বনি হায়না লৌদুনা মীয়াম পুম্নমকপু অমত্তা ওইনা চিংখত্তুনা মী অমগা অমগগী মবক্তা লৈবিবা খেৎনবা অহাংবসি লৈহন্দ্রবদি, লেংদ্রবা মশক নাইববা চাওখৎলবা কলচব, মশানা হেক্তা চোংথোকলকই। শেমগৎ শাগৎপগী থবক পায়খৎপা মী খজিক অসিমক লৈত্রবদি মখোয়গী সভ্যতা মাংবদি শোয়দ্রবনি। শেমগৎ-শাগৎপগী থবক পায়খৎলিবা মী খজিক অসিগা মীয়ামগা অনিগী মবক্তা লৈনবিবা য়ানবদু কায়খিবা থোক্কুনা, লৈত্রবদি মখোয়গী সভ্যতা মাংখিবা য়াই; লোযননা ময়ামগী অপুম্বা সমাজগী অমতা ওইবা লিংজেন নায়বা অদুসু মাংখি; মমৈথংদা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক পাযখৎলিবা মী খব অদুগী শেমগৎ-শাগৎপগী শক্তি-ৱাখল অদুসু মাংখি, কবিমতা কান্নবকত্রে কাংখথাং ওইবকই; নত্রগা মখোয খবদু অতোপ্পা শেমগৎ শাগৎপগী থবক কন্না লৌখৎলিবা য়াম্না চাওখৎলকইবা সমাজ অতোপ্পদুদা য়াওশিনখি।

উপনিষদকী মতমবু ভাবনা মওং লাকশিনবা, অমদি মতমদুদা চেল্লমইবা তোঙান তোঙানবা শক্তিবু মচা খায়দোকপা, ঐঙোন্দা খবা লুনা থোকই; ঐঙোন্দত নত্তে মী অতৈদসু অদুমঙাই। ৱাখল ইখন খন্দবা কাংবু অমদি ৱাখল খজিক খনবা কাংবু অনিগী মবক্তা ৱাখলগী অমসুং কলচরগী খেৎনবা য়াম্না লৈববসু, মখোয়গী মবক্তা অমগা অমগা পুনশিনহন্নবা মবীঅমা লৈ নত্রগা মখোয়গী মবক্তা তশেংনা মযেক শেংনা লাপ্নবা লৈতে হায়না ঐহাক্না লৌই। অথোয়বা লায়না, মীওইবগী সমাজবু অথোয় অহেন খায; অসুম্না অথোয় অহেন খায়বিবসি ৱাখল খেৎনবদগী থোকপনি; খায়দোকইবা অসিমক মীয়ামগী মবক্তা অমতা ওইনা পুনশিনবা ৱাখল পুবকই; মখোয় মশেল খৎনবা য়ৈন-শুনবা থোকহুন্দে। উপনিষদকী ৱাখলগী অনৌবা ইচেন অসিমক, মীয়ামগী ঙাক খন্দুনা অর্থ হল্লি; হল্লিবা অসিমক মীওইবনা হান্না ভাবনা খনবা অমসুং অন্ধবিশ্বাসকা চান্ননবা লাক্লপনা উপনিষদকী মশাগী লৈজবা মরুওইবা অর্থ অদু পুম্মাং মাংহল্লি। অথোয় অহেন নায়বা মীওইবা সমাজগী মরমদা উপনিষদনা কবিমত্তা হায়দে; মতাং অসি শোক্তনা থাক্তুনা থমই। পৃথিবীদা লৈবা পোৎ পুম্নমকী মওং অমদি শক্তম অনি নত্রগা অনিদগী হেল্লি হায়বা নিয়মসু ধর্ম্মগা চান্ননবগীদমক অমতনি হায়বা নিয়ম ওইনা ওথোকই; থাজবা অমসুং অর্চ্চা-পূজা তৌবগী মরম চাদবা, খন্থদবা ৱাখলগী মওংবু য়েৎপা তৌদনা লৌবদা নত্তনা শৌগত্তুনা তোঙানবা তোপ-তোপ্পা মওংদা চাওথোক্লবা হোৎনৈ।

উপনিষদতা য়াওবিবা ভাব অমসুং ব্রাখলগী মতুং ইন্নদি মী খুদিংনা মানা মানা খন্থজবা য়াবা পাশ্বে য়ৌনা চংশিনবা ঙমদে; মবমসিনা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক্তা ব্রাখলগী খেৎনবা পোকহল্লি। মতম মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা অনৌবা খোংথাং থোকলই, শক্তি লৈববা ইথক ইহুলগা লোয়ননা কাংবু কয়া'মা থোবকলি — পোশক ওইনা খনবা কাংবু, অচুম্বা থিজিনবা কাংবু, ঈশ্বব লৈ হাযবা কাংবু ঈশ্বব লৈতে হায়বা কাংবু। মসুম তৌবদগী থোকলকই, বুদ্ধ ধর্ম্ম, জৈন ধর্ম্ম, সংস্কৃত্তা ইবা ফাওববা লাইবিক — বামাযন, মহাভাবত; মহাভাবত্তা ইবি য়েংথিনবা কাংবু অনি কবম্না চান্নহনগদগে হায়বদু; অমদি মদুগী মবমদা খন্নবা যাবা ব্রাখলগী নিয়ম পবেং। মীওইবা পুন্সবু শেমগৎ-শাগৎনবা শক্তি নত্রগা মীওইবগী পীক্লবা কাংলুপ অমতবু শেমগৎনবা শক্তি, মতম'সিদা মশক নায়না থোবকলমই; অচৌবা কাংবু, কাংবু মচাগা অমতা ওইনা পুনশিনহনবগুম তৌই। শম্না হাযববদা পুম্নমক পুন্না পুনশিন্না চত্থবমই।

ব্রাখল অমসুং থবক্কী লমদা, সাহিত্য অমসুং দ্রামাদা, মূর্ত্তি শাবা অমসুং খুৎশা হৈবদা, কলচবদা, ধর্ম্ম শন্দোকপদা, ভাবত ব্রাংমদা লৈবা লোয়লম ঙাকপদা, শেমগৎ থৌবাংগা লোয়না মতম্না মথং মথং মতৌ অসুম তৌনা চংশিল্লকলি। মবক'সিদা মপানগী ইথিন অমদি খুবক্কী ঈ-না লায় শাদুনা মঁহে মঁহে মত মান্নদবা অমগা অমগা খৎন-চৈনবগী মতম্না অমুক অমুক লিৎশিল্লকলি। অদুবু অসুম্না মত মান্নদবা অমদি খৎন-চৈনববু লাকশিল্লগা, শেমগৎ-শাগৎপগী অনৌবা মাইকৈ খুদিংদা হৌবম্না শেমগৎ-থৌবাংগী তোঙান তোঙানবা শক্তিগী অবোয়বা মতমদি সংকৃতিক ওইবা ৪শুবা খৃষ্টদগী হৌগৎলকপা মতমনি। খৃষ্টাব্দ ১০০০ শুবকপদা অমদি হৌগৎলকপদা ভাবতবর্ষদা তেক কায়বা থোকখিবগী খুদম উবা ফংই; অদুবু মমাংঙৈদগী হৌনা লৈরক্লবা খুৎ-শা হৈবগী মাংবা য়াদ্রবা ইথিন্না অনৌবা খুৎশা হৈবগী খুদম কয়া'মা থোবকখি। তোঙান তোঙানবা সংস্কৃতিনা মশাগী ওইনা লৈজবা অনৌবা জাত্তি কয়া থোবকপনা ভাবতকী চোকথববা হান্না লৈবম্না কাংবুগী ব্রাখল অমসুং থৌবু অমুক নৌহৌননা মথৌ শংল্লমই, অসুম্না মথৌনা হাপকৎলকপনা অনৌবা থবক কয়া পায়খৎপা ঙমহন্‌খি।

ভাবতবর্ষদা লৈবা আর্য্যাশিংনা নাযতোম তোখাই তাবনা মখোযনা হোৎনজমন ওইনা লৈবকপা কলচবগী অফ ফত্ত অনিমক মতমগী মতুং ইন্না মমৈথংদা থোবকখি। ইতিহাসকী অককনবা মতম অমত্তদা নত্তনা চহি চহি খুদিংদা ইতত্তনা খ্বাইগী মকোক থোংবা কাংবু ওইনা উহল্লি। কলচব পুম্নমক্কী ফীদম্নফম, অমদি লমচৎ শাজৎকী নিযমগী হৌবকফম অদু মসিদগী থোবকই, থবক তৌবদা ইশিন্দ্রবসু মসিবু কলচবনা অমুকসু যানিংদবা ফোংদোক্লি হান্নসু ফোংদোকথ্রে। খ্বাইগী মকোক থোংবনি হাযবা ব্রাখলদা হিদোংদুনা ফজবা খুদমগী চম্লবা মপাঙ্গলনা, শক্তিনা, সমাজগী কলচবগী মাংবা য়াদ্রবা শরুক কযামকমবু পুখক্কুনা মচেৎ মচেৎ থোক্লা কায়গদ্রা হায়না চিংনববা, কীনববা, মতমদা, যাম্না থুনা শেমগৎখি। লৈবাক মচা তাববা সভ্যতা অমদি কলচববু অঙকপা ফংনা চাওখৎহনখি; চাওখৎলিবা সভ্যতা অসি মরু ওইনা জাৎ ফৈ হাযনা খৎনববা কাংলুপকীত ওইনা তৌববসু সমাজ মীয়ামগী মফমদসু শন্দোবকপা হৌখি। মখোযগী ওইবা নত্তনা অতৈগী ওইবা, থাজবা অমদি মখোয মশেন খৎনবকপা, মত মান্নবক্তবু ইলাই লাইনা থাদোকতনখি অদুগী মথক্তা নিংথিনা শিন্দুনা লেংদবা চপ মান্নবা চাংদা থমখি। প্রজাশিংনা পান্না মপুন্সি মবেনবু লেঞ্জনবা, প্রজাগী ওইবা নিংতম্না পীথোকলম্মী, অসুম্না অহন ওইবা, মীকোক থোংবা, জ্ঞান লৈবা মীগুম্না অশিংবদু মযামগী মফমদা উৎথোকলমই। অসি পুম্নমক অসি আর্য্যাশিংগী শীংথানবা য়াববা থৌদাংনি।

মীওইবনা কাংলুপ ওইনা তাবদা অমদি মীওইবা সমাজগীদমক মী অমনা তৌফম থোকপা মথৌ পাংথোকপদা, আর্য্যাশিংনা তোঙান্না তাবা অদুমক্লা, মখোয়দা কবিগুম্না মখলগী কান্নবা অমতা ফংহল্লমদে। মী অমগী পুন্সিবু শরুক কয়া থোক্লা খায়দোক্লম্মী; মীবোন অমমমগী তেল্লবা পুন্সিগী শরুক্তা, তৌফম থোকপা মথৌ অমদি দায়িনা খুবক হাংদনা লেংদুনা লৈগ্রি। অপুনবা অমা ওইনা সমাজগী মফমদা থোকপা মথৌ অমদি সমাজবু য়েংফম থোকপা মিৎয়েংগী ব্রাখল মহাক্কী কবিমতা লৈতে; সমাজগা লোয়ননা চত্থমিন্নববা নাযতোম তাবা কোক্লবা হোৎনবসু খক তৌকদে। ময়াম অমত্তা ওইনা তিন্নবনা হৌজিক মতমগী চাওখৎ খোংথাং থাংজিনবদা খুদোংচাই; মসিগী ব্রাখল অসি থায়নগী ওইবা সমাজদা

লৈরমদে। থায়নদগী ভারত্তা মসিমক আশা তৌবদি মরম চাক্নাত্তে। নাইতোম তাবা, খাইগা তিন্নদবা, জাৎ খাইদোকপদা, কন্না চথরম্বসি ভারত্তদি ওত্থোক্লা চুমই। ভারতবাসিশিংনা মথন্তা খম্মুজক্করগা জেলদা লৈবগুম্না খল্লকপসি মতম্মনি মমৈথংদনি; অদুগা মসি মকোক ওইবা জাত্তিদসু অদুমগুই। ইতিহাসকী লমাই খুদিংনা উৎলি, মসি, অৱাৎপা শরুক অমনি হায়না; — কনামনা হায়বা য়াই, জাত্তি খায়দোকপনা কনশিল্লকপনা, ৱাখল মচু শংজিনহল্লি লোয়নন্না জাত্তি অমা শেমগৎ-শাগৎপগী শক্তি শিথরকই।

অঙকপা থৌওং অমসু থোরকপা উই। মখল খুদিংগী থাজবা, থাজবা মতুংইন্না তৌবা থবক, ভাবনা শাদুনা থাজবা, পংবদগী থাজবা অসি পুন্নমকপু কন্না মুক্রুকরবসু অকায়বা মাইকৈ অমা থোরকপা উই; চৎনবী কয়াবু খোংথাংদা অপনবা অথিংবা পীরম্মী। মচিন তুমখৎলকইবা পুরোহিতশিংনা অসিগুম্বা অবস্থাগী খুদোংচাবা লৌদুনা মখোয়না মশাগী কান্নগদবা মওংদা শীজিন্নৈ। মখোয়না মীয়ামবু শুন্ধৎনবা অন্ধবিশ্বাসতা য়ুম্ফম লিংখত্তুনা মশাগী ওইজবা থিবা শক্তিবু মপাঙ্গল কনখৎহল্লমই। খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংগী গীর্জ্জা কয়াদা লৈবা পুরোহিতশিংগুম, হায়রিবা পুরোহিতশিং অসিগী তৌবা গুম্বা শক্তি হান্না কল্লম্বা নত্তে। মখোয়না তৌরিবা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থবকপু য়াদবা আত্মাগী (থৱাইগী) মরমতদা লৈনবা মকোক ওইবা মীওই কয়া অমসু লৈরি। মখোয়না তৌবা থবক্তা থাজবগী শরুক ইয়াও য়াওদবদি নত্তে; অদুবু লুরিবদি মীয়াম্বু তুহৎপা গুন্নবা শক্তি শীজিন্নরকপা অসিনি।

চম্না খনবা ৱাখলগা ধর্ম্মদা মচু শংজিনপ্রবা ৱাখলগা অনি হিদান্নবা হৌরকলে; লোয়নন্না ৱাখল অনিসিগী মরমদা অফ-ফত্ত থিজিনবা হৌরকলে। মমাংঙৈদগী হৌনা লৈরক্কবা শক্তিগা চাংদম্নদুনা মমাংঙৈদা লৈরম্বা অচুম্বা শরুক্তা চংশিন্নরকলে; তৌইগুম্বসুং হোংবা নাইরকইবা শরুক্তা য়াওরিবা অচুম্ববু থিজিন্নবদি করিমত্তা হোৎনদ্রে। শেমগৎ-শাগৎপা, অমদি আত্মাগী (থৱাইগী) লৈজবা, শক্তিগী শরুক হুম্থরক্লে। থৱাইনা চং-চং লাওনা লৈরিবা কুয়োম হকচাং অমদি হকচাংগী অর্থদি লেংদনা লৈরি। ঔরবিন্দু যোশনা ইরমই, "If an ancient Indian of the time of Upanishad, of the Budha, or the alter clerical age were to be act down in modern India . . . he would see his race clinging to forms and shells and rags of the part of mining nine-tenths of its nobler meaning . . . he would be amonged by the extent of the mental of science, the long sterility of art, the comparative of the creative intuition."



# মরিশুবা পন্দুপ

## তরামাথোইশুবা তাংকক

# মপানগী মিংনা উবা শরুকপু থাজবা

গ্রীকতা, ভারত্তা অতৈ মফমদা পৃথিবীগী ওইবা খ্বাইদগী লিরবা লাইরিক লাইশু অয়াম্বা মাংখিবা অসি ঐখোয়গী লাইবক খিবনি। লাইরিকশিংসি অহানবদা কোনা মনাদা, ভুজপত্রদা, অগরবাক পাম্বীগী মউদগী লায়না পানা খোকতোকপা য়াবা অপাবা মপ্রামগুম্বা মকুদা ইরম্বদগী মমৈদা কাইনথংদা চেদা ইরমই হায়বসি অচুম্বনি। মতমদুদা ইরম্বা লাইরিক্কী কপি খরদমক লৈরম্বনা লাইরিকশিংদু মাংখ্রবদা নত্রগা মাংহনখ্রবদা লাইরিকশিংদু অমুক উবা পাবা ফংখিদ্রে; লাইরিকশিংদুগী মমিং পনবা, অতোপ্পা লাইরিক কয়াদা খর খরদা ওইনা পল্লম্বা শরুক অদু পনবা নত্তনা লাইরিকশিং অদুগী মরি মখোং থিবা ঙমদ্রে। অসুম্না সংস্কৃত্তা অমদি অতৈ লোন্দা খুৎনা ইরম্বা লাইরিক লিশিং য়াম্খৈ হুম্ফুরোমদি থিবা ফংলমই; মমিং ইশিনবা ঙমই; অদুগা লেপ্পা লৈতনা পুথোক্লবা হোৎনবা লেপত্রি। ভারতকী ওইবা থায়নগী লাইরিক কয়াদি ভারতবর্ষদা ফংদ্রে; তৌইগুম্বসুং চীনালোন্দা তিব্বেৎলোন্দা হন্দোক্লুনা ইবা খরদি থিরুবদা ফংই। কুইরবা খুৎনা ইবা লাইরিকশিং অসি ধর্ম্ম বিদ্যালয়গী লাইরিক শংদা, (লাইব্রেরিদা) বৌদ্ধগী লাইশংশিংদা, অমদি কন্না কন্নাগুম্বা মীশিংগী ময়ুমদা, নিয়ম অমগী মখাদা লিংখৎতুনা থিজিন্নবা হোৎনরবদি য়াম্না কান্নগনি। অসুম্না থিবা, অরিবা খুৎনা ইবা লাইরিকশিংবু চেকশিন্না য়েংশিনবা দরকার লৈ; খন্নবা মতুং ইন্না অর্থ হন্দোকপা, ফোংবা অসিমক ভারতভর্ষদা ঐখোয়না তৌবা তাবনি; মদু তৌরবতদা লোৎতুনা লৈরিবা য়োৎকী পূনা ঐখোয়না থদৎপা ঙমগদবনী ঐখোয় ইশানা ইথৌ পাংথোকপা ঙমগদবনি। অসুম্না তৌরবতদা, ভারতকী ইতিহাসকী মতাং কয়াদা, জ্ঞানগী মঙাল উবা ঙমগনি; মরুওইনা ইতিহাসকী ফীজং মরুমদা লৈরম্বা সমাজগী চৎনরোল অমদি মতম মতমগী ওইবা পুরকপা অহোংবা শরুক্তা অশেংবা জ্ঞানগী মঙাল উবা ঙমগনি। অওইবমক, হন্না হন্না মাংখ্রবদা, মাংহনখ্রবদা, অদুগা মখোয়বু পুথোক্লবা থিজিন্নবা হোৎনদ্রবা ফাওবদা খুৎনা ইবা লাইরিক মরাং কায়না লৈরমই হায়বা তাকলি; মমাংঙৈগী সাহিত্য, ড্রামা, দর্শন শাস্ত্রনচিংবা মচাক কয়া অমা লৈরমই হায়বা উৎলি। মাংলুবদগী ফংলকপা খুৎনা ইবা লাইরক কয়া অমসু কুপ্পা য়েংশিন্নবা, পাদুনা খন্ননবা লৈরি।

মাংখ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা, থাঈনগী ওইবা উপনিষদকী, মতমগী ওইবা মপানগী শক্তমগী মরমদা ইবা সাহিত্যসু য়াওরি। মসিগা মরী লৈনবা শরুক খরা ফংইবা অসিসু মসিগী মরমদা নৈনবা অমদি মপানগী শক্তমগী ওইবা নিয়মশিংবু প্রমান চাই চাদে হায়না পাক চাওনা নৈনবা ওইনা তৌই। মপানগী ওইবা শক্তম্বু নৈনবা দর্শন শাস্ত্রনা ভারত্তা লৈরকইবসি চহি যুগ কয়া শুরকলবনি অদুগা মতম অমদা মীওইবশিংবু মসিনা খুদুম চল্লমই হায়বদা করিমত্তা চিংনবা লৈতে। খৃষ্টনা পোক্লদবা চহি ৪ ন্নাৎলিঙৈদা (মরিশুবা বিঃ সিঃ দা) রাজনিতি অর্থনিতিগী মরমদা কৌতিল্যানা ইরম্বা মমিংচৎলবা লাইরিক্কী অর্থশাস্ত্রদা, মসিনা ভারত্তা লৈরম্বা মকোক ওইবা দর্শন শাস্ত্রশিংগী মনুংদা অমনি হায়না ইরি।

দর্শনশাস্ত্র অসিবু য়ানিংদবা উৎপদা মথন্নাই য়াওনা হোৎনরম্বা মীওইশিংবু অমদি মখোয়না ইরম্বা য়ানিংদবা মরোনবু ঐখোয়না থাজবা তারমই; দর্শনশাস্ত্র অদু মখোয়না নোক্লরমই অমদি ওইথোক্তবনি হায়রমই। মদুদা করি ইরম্বগে হায়বা পুথোকখিবদুমক ঐখোয়গী লাইবকখিবনি। মদু য়ৈথনবা হোৎনবদা মখোয়না মথন্নাই অসুক য়াওরম্বদুনা তাকলি, মদুবু য়ৈথবনা কয়াদা কান্নবা, তৌদবা য়াদবা মরম অমা ওইবা মদুমক মখোয়না উই। অওইবমক্তি মপানগী ওইবা শক্তমগী মরমদা ভারত্তা ইরম্বা সাহিত্যগী শরুক অদু পুরোহিতশিংনা অমদি মতুং চহি কয়াদা, ধর্ম্মবু কা-হেন্না থাজবা কাংবুনা মাংহনখিবনি।

মপানগী ওইবা শক্তমবু থাজবা কাংবুনা লৈরম্বা শক্তিবু লাকথুরি লোয়ননা মতমদুগী থৱাই তাজরবা ৱাখল, ধর্ম্ম অমসুং নিতি নিয়ম্বু আক্রমন তৌই। বেদবু, পুরোহিতকী থবকপু, সমাজগী ওইনা মতম শাংনা চত্থরক্লবা চৎনরোলবু য়ানিংদবা, মখোয়না উৎলি; মখোয়না অসুম্লসু লাওথোকলি; থাজবদি মনিং তৌগদবনি, হান্নবা ভাবনা শাদুনা খনবগী মখা পোনফদে; অমদি, হৌগ্রবা মতমদগী চৎনরকই হায়বনা পুনফদে। যাদু অমদি অন্ধবিশ্বাসকী মায়োক্তা য়াম্না কন্না মখোয়না ঙাংই। মতমগী ওইবা চত্থরকইবা, বিজ্ঞানগী তোঙান তোঙানবা খোংচৎকা ইরোইমিন্নবনা মখোয়গী শক্তি অমদি পাঙ্গল ওইরি; হৌগ্রবা মতমগী, হাকথেংননা উবা ঙমদবা, খংবা ঙমদবা পুঞ্চভূতকী মরমদা পংহায় হায়জিনবা, ভাবনা শাবা লাইগী মূর্ত্তি ইরাৎপা, পুম্নমক অসিনা য়োৎহ্লিং ফলাং চনশিনবদগী অমদি অরুম্বা ভার পীবদগী মখোয়না নাহ্লোকনিংই। লৈ-হায়বগী প্রমান পীদুনা য়ানরবা, হাকথেংননা মিৎকা উনরবা, পুম্নমক্কী মরমদা খন্না নৈনবা ৱাখল অমদি ৱাখলগী পন্লেপফম, চুন্নবসু লাল্লবসু মরী লৈননা মান্ননা চত্থফম থোকই। তোঙান তোঙানবা মওংদা লৈরিবা প্রকৃতিগী মচাক অমসুং পৃথিবী অসিতমক, তশেংনা লৈ হায়না খন্নে। অতোপ্পা সংসার, স্বর্গ, নরক অমদি হকচাংদগী তোঙানবা থৱাই করিমতা লৈতে। পুক্লিং, জ্ঞান পুম্নমক প্রকৃতিগী ওইনা লৈজবা মচাকশিংদগী মশানা থোকচবা ঙাকনি। মীওইবগী মশাদা চেন্নদুনা লৈরিবা গুণশিংগা প্রকৃতিগী অকোয়বদা লৈরিবা শরুক্কা মরী করিমতা লৈতে; অফবনি ফত্তবনি হায়না ঐখোয়না খন্নরিবা অসিগসু মরী লৈনদে। লমচৎ শাজৎকী নিয়ম পুম্বা মীওইবনা মশানা শেমজবা ঙাক্নি।

মসি পুম্নমক খংনরবা ঙাক্লি; ঐখোয়গী মতমদা ঙক্লা থোকইবসি চহি লিশিং অনিগী মমাংদা ওইরমদে। ৱাখলশিং অসি করম্না খল্লকইবনো; চিংনবা, য়েৎনবা, মীওইবগী ৱাখলদা খেৎনরিবা, মতম হুইশাংননা চৎথবকলবা নিয়ম শক্তিবু য়ানিংদ্রিবসি করম্না ওইরকলিবনো ? মতমদুগী সমাজ অমসুং রাজনিতিগী ফীবম চপ চানা ঐখোয়না খংদে; তৌইগুম্বসুং থাজবা, মথাজ মান্নদবা, ওইরকইবা মওংবু কুপ্পা খন্থদুনা থিজনবা ৱাৎপা, মীওইবনা পামইবা অদু মতম মতমগী ওইবা নিংবা থুংনবা হোৎনবা, পুম্নমক থোকখ্রিবসে মতম অমদা সমাজগী মনুংদা য়ান্নদবা, বাজনিতিগী মাইকৈদা মত মান্নদবদগী থোকপা ঙাক্লি। থাজবগী অনৌবা লম্বী হায়বদি ধর্ম্ম, দর্শন শাস্ত্রগী অনৌবা শকলোন থোকইবা অসি ৱাখল মান্নদবা, সমাজগী চৎনবী খেৎনবননি। প্রমান চানা মরম চানা য়েৎনবনা, য়ুম্ফম ওইদুনা নিয়ম নাইনা চত্থরকপা দর্শন শাস্ত্র, (অপু-নবা) ৱাখলগী ইথিন ইরৈনা হোয়দুনা, লৈরমইবা উপনিষদপু য়েংদবা অসি পুম্নমক্কা লোয়ননা, তোঙান তোঙানবা থাজবগী শকলোন থোরকপা হৌই; হায়বদি জৈন ধর্ম্ম, বৃদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা তোঙান তোঙানবা কাংলুপ থোরকইবনি; চপ চাবা ফোংদোকপা ঙম্বা ৱাহৈ লৈতবগী তৌবনি, কাংবুশিং অসি হিন্দু ঙাকনি হায়বসু য়াবনি। ভাগবত-গীতা অমসুং অতৈ মহাকাব্যশিং মতম অদুদা থোকখি। মতমদুগী ৱাখলগী ইচেল অমসুং নিয়ম্বু চপ চানা খংদবনা অমদি অমগা অমগা য়েৎশিন্নবনা মতমদুগী থবকপু মথং মনাও নাইনা কুপ্পা শাগৎপদা লুনা থোকই। খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি তরুক ৱাৎলিঙৈদা বুদ্ধ থোরকই। মাগী মমাংদগী হৌদুনা বুদ্ধ ধর্ম্মগী মমিং তারবনি; ধর্ম্ম অদু মতম অমা ফনা চৎনরবনি অদুবু মতমদুমক্তদা হিতান্নবগুম অতৈ ধর্ম্মসু থোরকই।

বৌদ্ধ ধর্ম্মনা মচিন তুম্না ইনখৎলকপা মতমদা পার্সিয়া সমাজনা সিন্ধু তুরেন ফাওবা শন্দোকলকখি। শক্তি লৈরবা লৈবাক অদুনা ভারতকী শিমনা মনুং লানশিন্না চংশিল্লকপনা ভারতবাশীশিংগী (মফমদুগী মীশিংগী) ৱাখলদা ইথিন অমা পীফম থোকপনি। খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি মরি ৱাৎলিঙৈদা ভারতকী অৱাং-নোংচুপ লমদা আলেকজেণ্ডরনা লান্দারকখি। লান্দারকপদুমক ভারত্তা পংকান কান্নবা নত্তে অদুম্নদি ওইরগা চাওরবা অহোংবা অমা ভারত্তা লাক্কদৌরি হায়বদি মদুনা তাকলি। আলেকজেণ্ডরনা হেক শিবগা য়াম্না থুনা ইকুই কুইদনা চন্দ্রগুপ্তনা পাক চাওরবা মৌর্য্য সম্রাজ লিংখৎলকখি। ইতিহাসকী মতুং ইন্না হায়রবদা, ভারত্তা মদুনা অহানবা পাঙ্গল কনবা পাকচাওবা ষ্টেট মকোকনি। ভারতকী মপু কয়ানা লৈবাক ঙাকপা কয়াবু ৱারী লাইরিক্লা পল্লি; আর্য্যশিংগী মনুংদা অমনা ভারত্তা হায়বদি ভারতকী অৱাং থংবা শরুক্তা অচাওরম কাবা তান্নবগীদমক (লান শোক্লখি) খৎনখি। অশেংবমক, থাইনদগী ভারত অদু মমাংঙৈগী গ্রীককুম অপিকপা ষ্টেট কয়ামরুম্না পুনশিল্লগা শেম্বনি। মনিং মখা তম্বা চীংমী কয়া'মসু লৈরমই; মখোয়গী লম অদু য়াম্না পাকচাওরবা অপীক

অপীকপা নিংথৌপানবা লৈবাক কয়ামকমসু লৈরমই; গ্রীক্তা লৈরম্বগুম্না অচৌবা সহরনা ষ্টেট ওইবা, লন্ডোনবা কাংবুগী অপুনবা ওইবা সমাজ খরতনা খুল্লিংবা লৈবাক মচা লৈরমই; মধ্য ভারত অমদি অৱাং ভারত্তা (গন্ধরা নত্রগা আফগানিষ্টানগী শরুক য়াওবা) মরু ওইবা লৈবাক মরিখক লৈরমই। লৈবাক ঙাকপা শেমগৎ শাগৎপগী নিয়ম্না ওইনিংবা অমা ওইজরবসু মতমদুদা লৈরম্বা সহর অমসুং খুঙ্গংগী মনিং তম্বগী মপাঙ্গল য়াম্না কল্লমই; কনাগুম্বা অমবু লৈবাক্কী মপু লৈবাকঙাকপা অমা ওইনা খ্বাইনা শকথংবা মতমদা মদুনা লৈবাক ঙাকপগী হান্না লৈবা শান্তিবু কায়হনবা ঙমদে। গ্রীক্তা তৌবগুম্না য়েলহৌঙেদগী হৌনা লৈরকপা নিংতম্বা মখল অমা লৈরমই; মরুওইনা মদু অচৌবা জাৎ-কাংবুগী মখুত্তদা লৈবা ওইনা তৌই।

থায়নগী ভারত অমসুং গ্রীক লৈবাক অনি অসি হীরম কয়াদা থীনা মান্নদ্রবসু অমত ওইনা মান্নবা শরুক কয়ামকমসু লৈ; লৈবাক অনিসি য়েলহৌঙেগী পুন্সিগী য়ুম্ফমদা য়াম্না মান্নখিবননি হায়না ঐখোয়বু থাজহল্লি। এথেন্সকী ডিমোক্রেসিবু লৈখা তাহনখিবা * (১) পেলোপোনিসিয়ানগী লাঞ্জাওদু থায়না ভারত্তা শোক্রখিবা*(২) মহাভারতকা চাংদম্নবা য়াই। য়েলহৌঙেদগী হৌনা থাজনরক্লবা গ্রীক্কী লাই-ওই-মী-ওই তৌবশিং অসিনা মুৎথ্রবদা চিংনবা ৱাখল পোক্লক্লে; অঙকপা অমদি লাইদা ইনশিনবা ৱাখলনা লাকহৎলকলে লোয়ননা থায়না য়েলহৌঙেদগী হৌনা লৈরকপা মীওইশিংগী মমাংঙৈগী ওইবা ফীদমনফম ওইবা শরুকপু নমথখ্রে। মমৈথংদা দর্শনশাস্ত্রগী অহৌবা স্কুল কয়া থোরকলে -- স্টৈাইক অমদি ইপীকুরিয়ান মকোক হায়গৎলকলে।

ইচম-চম্বা তায়ওন্নবা মওংদা লৈবা য়ুম্ফমদা লেপ্তুনা, ইতিহাসিক ওইবা চাংদম্নবনা খুদোংথিবা থোকহনবা মখৈ শেরান্নবা লমজিংলকলে। অদুম ওইনমক কোকপা য়াদবা ৱাখলগী মঙান অমদি মুথৎপা য়াদনা লৈরি। মহাভারত লাঞ্জাওগী মতুংদা ভারতা ওইবা ইরাং লাংবা ৱাখল চোয়জাইনবা মতমনা গ্রীকতা ওইরম্বা লাই-ওই-মী-ওই তৌবা কাংবুগী মমাংদা লৈরম্বা শরুকপু নিংশিংহল্লি। চোয়জাইনবা ৱাখলগী মতুংদা অনৌবা দর্শন শাস্ত্রগী অনৌবা ৱাখলগী ইহৌ অমা লাকপা হৌখি। রাজনিতি, অর্থনিতিগী মনুংগী ওইবা অহোংবা ইহৌ অমা লাকখি, লোয়ননা চীংমীশিংগী নিংতম্বা মাংথরকই; সহর অচৌবশিংগী তোঙান তোঙানবা শক্তি মুথরকই; পুম্নমক পুনশিন্দুনা অমতা ওইবা অপুনবা শক্তি শেম্বা হৌখি।

অসিগুম্না চাংদম্নবা অসিনা ঐখোয়বু লাপ্না পুগদবা নত্তে। চহি চা কয়া চুপ্না ভূমধ্য সাগরদা লৈবা লৈবাকশিং অমদি রোমগী মীখা থাবা ইউরোপকী লৈবাক কয়াদা গ্রীক্কী সভ্যতানা মশেক মঙান চাওনা লৈরবসু গ্রিক্কী অৱাবা শক্তমদু ফহনবদি অশেংবা ঙন্নমদে। ভারত্তদি শিংথানবা য়ানা ফীভম ফগৎখি, কাব্যগী অমদি বৌদ্ধ ধম্মগী মতুং চহি লিশিং অমরোমদি শেমগৎ-শাগৎপগী মপুং ফারবা শক্তি ভারত্তা লৈরমই। দর্শন শাস্ত্র, সাহিত্য, ড্রামা, গনিত, খুৎশা হৈবা হীরম কয়াদা ফাওরবা মীওই কয়া ভারত্তা পোকখি, লৈরমই। খৃষ্টাব্দনা হৌরকপা মতমদা লম লৌশিন্দুনা লোই চনশিনবা ঙম্বগী কল্লবা শেমগৎ-শাগৎপা শক্তি অমা ভারত্তা থোরকপনা ভারতকী মীশিং অমদি কলচরনা নোংপোক সমদ্রদা লৈবা দ্বীপ, লৈবাক কয়া, তাম্না, লাপ্পা, চৎপা অমসুং শন্দোকপা ঙমখি।

# মরিশুবা পন্দুপ

## তরানিথোইশুবা তাংকক

# কাব্য, ইতিহাস, ৱারী, ফুঙ্গা ৱারী

থায়নগী ওইবা ভারতকী অফাওবা কাব্য অনি – রামায়ন অমসুং মহাভারত – ইবা লোয়শিনবদা চহি চা কয়ামরুম চংলমই; মমৈথংদসু শরুক কয়া'মা হাপচিনখি। ভারত্তা খুন্দারকপা আর্য্যশিংগী অহানবা পুন্সিগী শরুক কাব্য অনিসিদা ইরি – মখোয়না লৈবাক জয় তৌদুনা লৈবাক লৌশিল্লকপা, লম শন্দোরকপা, মখোয়গী পাঙ্গল শক্তি কনখৎহনবা মতমদা, শোক্রবা লাঞ্জাও, কাব্য অনিসিদা ইরি। তশেংবদি থৌদোকশিংদুগী মতুং কায়নথংদা কাব্য অনিসি ইখিবনি। মীপুম খুদিংমকপু পেনহনবগী লোয়বা নায়দবা, তানিংবগী অরোই-অখম লৈহন্দনা, অঙকপা শক্তি, শুদ্ধংনবা নুংঙাইবা পোকহনবা লাইরিক-কাব্য অনিসিগা মান্নবা লাইরিক অমতা থেংনদ্রি। নিংশিংবা থোক্তনা কুইস্রবা মতমদা থোকখিবা থৌদোক ওইরবসু মদুনা ঙসি ফাওবদা ভারতবাসীগী পুন্সিগী থৌদাং পাংথোকপদা অঙকপা পাঙ্গল শক্তি পীরি। মশাগী ওইনা লৈজবা সংস্কৃত্তমক নৎত্রবসু, জ্ঞান লৈবা লাইরিক য়াম্না হৈবা মীশক নত্রবসু খংনবা য়াবা লোন্দা ইথোকলবা ফাওবদা মসিনা ভাবতবাসীশিংগী পুন্সি শেমগৎ-শাগৎপদা চংদবা য়াদ্রবা মচাক ওইবি।

য়াম্না জ্ঞান লৈবা মীওইশিংদগী লাইরিক হৈতবা, ইবা-পাবা ঙমদবা অচম্বা খুঞ্জা ফাওবা, মীওইশিংগী তোঙান তোঙানবা মখলগী কলচরগী চাওখৎ খোংথাংবু ভারতকী ওইবা তোপ তোপ্পা মওংদা পুল্লপ্পা কাব্য অনিসিনা উৎলি। মথৌ কয়াগী মতুং ইন্না খায়দোক্লবা ভারতবাসীশিংবু অমগা অমগা মত মান্নদনা তোঙান তোঙান তানববদা, মখোযগী নিযম নায়না লৈরকপা, অকন অথৌগী থবক্তা য়ুম্ফম ওইনা হৌরকপা অমতা ওইবা হৌবকফম উত্তুনা পৃম্নমকপু অমতা ওইনা পুনশিন্নবা থায়নগী* ভারতবাসীশিংগী থুপ্পবা মবুদ্ধি লৌশিংবু কাব্য অনিসিনা ঐখোয়দা তাকলি। হিংবা ঙম্নবা, অৱাবগী মমি মুখৎনবা, মীওইবশিংগী মরক্তা অমতা ওইবা লিংজেল মান্নবগী মখাদা লৈহন্নবা কাব্য অনিসিনা ইরাই পায়না হোৎনরি।

ঐহাক্তা অঙাং নৱা ওইরিঙৈদা তাখিবা, নিংশিং-মিংশেন্দা মমি তাপ্রবা ৱারী কয়াগী মনুংদা ইমানা অমদি য়ুমগী অহন-হনুবীশিংনা ঐঙোন্দা লিখিবা কাব্যশিংসিগী ৱারী কয়া য়াওরি; ইউরোপ, আমেরিকাদা লৈবা অঙাং অমনা অকন-অথৌগী অমদি ভাবনা শাবা ৱারী তাবগুম ইমানা অমদি হনুবশিংনা লিবা কাব্যগী ৱারী তাখি। ৱারীশিং অদুদা ঐঙোন্দদি থৌনা ফবা অমসুং ভাবনা শাবা মচাক কয়া য়াওবা ওইনা থোকই। অহাংবা লক্ষ্মাংদা রামায়ন ৱারীবু লীলা ওইনা শানবমই,

---

*এশিয়াগী ইউবোপকী লোন কয়াদা ইথোকপা, অর্থ হন্দোকপা পঞ্চতন্ত্রগী ৱাবীদি শাংই, মপুং ফাই, পুকনিং হুনিংঙাই ওই। ইহান হানবা খ্বাইনা খংনবা অর্থ হন্দুনা ইবা লাইবিক্তি তককশুবা খৃষ্টাব্দগী ময়াই চল্লকপদা পার্শিয়াগী নিংথৌবেল খুশ্রু অনুশির্বাননা হায়জবদগী সংস্কৃতকী পাহলাভিদা হন্দোক্তুনা ইবা লাইবিক্তুনি। মদুগী মতুং পংকুই কুইদনা (৫৭০ এঃ সিঃ) সাইরিয়ান লোন্দা হন্দোকলকপা উই; মমৈথংদা অবিয়ান লোন্দা হন্দোকখি। তরামাথোইশুবা খৃষ্টাব্দদা সাইবিয়ান, অর্বিক অমসুং পার্শিয়ান লোন্দা হন্দোকপা উই, ইকোন কোনবা অদু কালিয়া ডেমনগী (কালিয়া ডেমন্না হন্দোকপা) অফাওবা ৱারীদুনি। অসুম্না অর্থ হন্দোবকপা অসিদগী পঞ্চতন্ত্রনা ইউরোপ য়ৌখিবনি। তরামাথোইশুবা খৃষ্টাব্দনা লোয়রকপদা সাইরিয়ান্দগী গ্রীকতা হন্দোকখি। খবা লৈবগা হিব্রুদা হন্দোকখি। তরামঙা তরাতরুক শুবা খৃষ্টাব্দদা অর্থ হন্দোকপা, শেমদোক্তুনা ইথোকপা লাইরিক কয়ামকম লেটিন, ইটালি, স্পেন, জর্ম্মন, সুইডিস, ডেনিস, ডচ্চ, আইসলেণ্ড, ফ্রেন্স, ইংলিস, হঙ্গেরিয়ান, টর্কিস অমদি লৈবাক মচা কয়াগী লোন্দা হন্দোকখি। মতৌ অসুম্না পঞ্চতন্ত্রগী ৱারীশিং অসি এশিয়া, ইউরোপকী সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈরক চনখি।*

মীয়াম্না অতৎ-অখম নাইদনা লাক্তুনা লীলাদু য়েংনৈ; চহি খুদিংগী শান্নবা লীলা অদুদা ঐহাক্না তত্তনা চৎপা হৈনরমই। মসি পূম্নমক ইচম চম্বনি; করিসু নত্তে, মীপুম খুদিংনা চিনফা পুনরবা ঙাক্লি; মতমদু হরাও তয়াম্বা মতমনি।

অসুম্না ভারতকী লাই-তীলগী ৱারী, লিরবা অতৈ ৱারীনা ঐহাক্কী নিংশিং মিংশেন্দা মমি তাখি; লোয়ননা ভাবনা শাবা অতৈ জীবশিংগী লমচৎ-শাজৎকী ৱারীশিংগা তিনশিন্নখি। মরম চানা চুম্লবা ৱারীগুম মখোয়সি য়াম্না কান্নবনি হায়না ঐহাক্না খন্দে; যাদু অমদি লাইওই-মীওইবগী শক্তম থন্না য়াওরবা ৱারীশিং অসি ঐহাক্না তত্তনা য়েংলি। তৌইগুম্বসুং ভাবনা শাবা ওইনা চুম্লবা ৱারিশিংসে ঐঙোন্দদি আরবিয়ান নাইটস নত্রগা পঞ্চতন্ত্রগী ৱারীগা অম্মানি;* পঞ্চতন্ত্রদা য়াওরিবা ৱারীশিং অসি নোংচুপ এশিয়াদা অমসুং ইউরোপতা পামনরবা শা-উচেক্কী মরমদা ইবা ৱারীগী পুক্কেনি। ঐহাক্না চাওশিল্লকলবদা অতৈ ৱারীগী নিংথিবা শক্তমনা ৱাখলগী লাইয়ুমদা মমি তাখি — ভারত অমসুং ইউরোপকী ভাবনা শাবা ৱারী (ফিয়ারি টেলস), গ্রীক্কী লাই-তীলগী মরমদা ইবা ৱারী, জোন ওফ অর্ককী ৱারী, এলাইন্স ইন-ডি ওৱান্দরলেণ্ড, অকবর অমসুং বীরবলগী মরমদা ইবা ৱারীশিং, সার্লোক হোমশ, কিং অর্থর অমসুং মাগী লাই, রাণী ওপ ঝানসি, ইণ্ডিয়ান ম্যুটিনিগী থৌনা লৈবা নহারোলগী মরমদা ইবা ৱারি, রাজপুত চিভালরী অমসুং থৌনা ফবগী মরমদা ইবা ৱারী ময়াম; ৱারী ময়াম অসিনা অমদি অতৈ ৱারী কয়ানা চমন্নবমখৈ ঐগী নিংশিং মিংশেন্দা মমি তাখি; তৌইগুম্বসুং অঙাং ওইরিঙৈদা ময়েক লানা চুশিনগ্রবা ভারতকী লাই-তীলগী ৱারীনা ময়ামসিগী হৌফম য়ুম্ফম ওইখি।

য়ানিংদবা ৱাখলগী ইথিন্না ঐহাক্কী পুক্লিংদা লৈজরবা ফাওবা ৱারীশিং অসি ঐহাক্না তানিংই। লিরবা লাইগী ৱারী অমদি মীথাং য়ৈনা লীথরক্কবা ৱারী শীংবুন্না মী কয়া কয়াবু তানিংবা পোকহল্লি, মরু ওইনা লাইরিক পাবা ইবা ঙমদ্রবা মীশিংনা তানিংই। ৱারী লাইবিকশিং অসিনা কলচর অমসুং চৎনরোল্দা অফবা শক্তি হাপই; মরমসিনা ৱারী লাইরিকশিংদা যাওরিবা লৌনিংঙাই ওইবা ফজবা ৱাখলগী ফীদমফম ওইবা শরুকপু মাংহনবা হুন্দোকপা অসি ঐহাক্না পামদে, তুক্কচৈ।

কাব্য অনিসিদা ইরিবা অসিনা ভারত্তা লাইগী মরমদা ইবগী লোয়বা নত্তে; বৈদিক যুগতগী ইনরকলবনি; সংস্কৃত সাহিত্যদা তোঙান তোঙানবা মওং অমসুং শকলোন লৌরিবনি। কবিশিং দ্রামা ইবশিংনা লাইরিকশিং অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা মানা মানা থোকপা মওংদা ৱারী ই; ই-রিবা ফজবা ৱাহৈ ৱাতা কয়ানা লাইরিকশিং অসিবু নিংথিজহল্লি ফজনা য়োমলি। ফজবা নিপীগী মখোংনা শোকপদা অশোক পাম্বীনা লৈ শাৎলি। বসন্তগী লাই, বসন্ত দেবনা লাকপদা নুংশি ইথিন ইনশিল্লিবা কামদেবনা মাগী লোয়নবী রতি দেবীগা লোয়ননা খোংদোই হুন্দোরকই হায়না ঐখোয়না থেংনরি লাইরিক্তা। থৌনা ফনা কামদেবনা মহাদেব তম্না লৈগী তেন কাপ্লকপদা মহাদেবগী অহুমশুবা নয়ন্দগী থোরকপা মৈরিনা চাকথেক্তুনা কামদেব উৎ ওইনা তুমখি; তৌইগুম্বসুং হিংবদি হিংখি অনন্দগুম হকচাং য়াওদনা।

লাই-তিনগী মরমদা ইবা ৱারী লাইরিক অয়াম্বা থৌনা ফবা ৱাখলনা মপুং ওই; অচুম্বা, ৱাশকপা, ঙাকপদা ওইনিংবা ফল ওইজরবসু, শিরবা ফাওবদা নিংইবদু পাংথোকনবা লাকনবা, মীয়ামগী ফনবগীদমক থৌনা উৎপা, অফবা থবক তৌবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা লাইরিকশিং অসিনা উৎলি। করিগুম্বদা ৱারী অসি ৱাখলনা শেংনা শাগৎপা লাই-তিনগী ঙাক ওইনা তৌই; অচুম্বা হীরম কয়াবু লাই-তিনগী শক্তমদা পুথোক্তুনা ইরি; চৎনরোল মতুং ইন্না থোকখিবা থৌদোক কয়াবু হেন্না হায়জিন্দুনা ইরি। অচুম্বগা, ভাবনা শাবগা, অসুক্কী মতিক য়েৎশিন্ননা ইদুনা অনিমক অমগা অমগা থাদোক্লবা খায়দোক্লবা য়াদবগুম উৎলি; অসুম্না তিনশিন্নবসিনা ভাবনা শাবা ইতিহাস ওই; ইতিহাস অসিনা থোকখিবা থৌদোকপু চুম্না ঐখোয়দা হায়দ্রবসু ঐখোয়দা কান্নবদি উৎলি — মীওইবনা খল্লিবা অদুমক ইরি; মখোয়গী অহল-লম্মনশিংনা উলম্বা য়াই হায়না তাজবা অকন-অথৌগী থবক অদুমক ইরি; মদুমক্না মখোয়দা পাঙ্গল হাগলি। অচুম্বা নত্রগা ভাবনা শাবা ওইনিংবা অমা ওইরবসু মসিনা মীওইবগী পুন্সিদা চংদ্রবা য়াদবা কান্নবা শরুক য়ারি, নিতিগী ওইনা, হিংদুনা লৈনবা, তৌবা থবকপু অথিবা অয়াম্বা শরুক্তগী চিংখৎলি তমজনফম ওইবা অফবা শরুক তান্না, নুংঙাইনা পুন্সি লেন্নবা বুদ্ধি লৌশিং থোক্লবা মাইকৈদা লমজিংলি তত্তনা, ফীদম্নফম ওইবা মতাংদা লাপথ্রবসু ফংবদা যৌবদা ৱানা থোক্লবসু।

থৌনা ফনা থবক কয়াগী মরমদা ইবা মমাংঙৈগী রোমগী ৱারীশিং, লুক্রেসিয়ানা ইবা ৱারীশিং, অমদি অতৈ ৱাবীশিং অসি অচুম্বা নত্তে অরানবনি হায়না ইরম্বা মীশিংবু গোঠেনা নিন্দা তৌই হায়না হায়নরি। তশেংনা লাল্লবা চুমদ্রবা থবক্তি তৌরুবদা মহৈ য়াল্লরোইদবনি, ওইথোক্রুবনি, কর্দৌঙেদসু ফজবা ওইরোই পুকনিং থৌগৎপা ওইরোই হায়না মহাক্লা হায়রমই; অসিগুম্বা থবক, ৱারী পুথোকপদা, রোমদা লৈবা মীওইশিংনা চাওথোকচবা য়াবমখৈ চাওথোকচরবদি, মদুবু থাজবা ঙম্বা ফাওবদদি (মখৈতদদি) ঐখোয়বু চাওথোকচফম ওইবনি।

অসুম্না অচুম্বগা শাজিনবগা পুল্লপ পুনশিল্লবা খ্বাইনা ভাবনা শাবনি হায়না খন্নরবা ৱারীনা ভাবনা শাবনি হায়না মতম অয়াম্বদা লৌরবসু অচুম্বা খুদম্না অচুম্বনি হায়না তাকলি লোয়ননা তোপ-তোপ্পা মতমগী মীওইশিং ৱাখল, পুকনিং, তৌনিংবা থবক্কী মমি, ৱারীদুনা ঐখোয়দা তাকলি। তুংদা ওইরক্কদবা ৱাখল অমসুং থবক্কী হৌফম্লি হায়না খল্লগসু মসি চুল্লবনি। থায়নদগী ভাবতকী মরমদা ইরম্বা ইতিহাসকী ৱাখনগী মিৎয়েংদা ধর্ম্মগী অমদি দর্শনশাস্ত্রগী চৎনবী নিয়ম অমসুং মপুং ফাদবা ৱাখলগী অপুনবা মমি তাই অমসুং পাঙ্গল হাপই। মথং মথং থোকলকপা থৌদোকশিং অমদি ইচম চম্বা থৌদোক্কী রেকোর্ড কয়া পুনশিন্দুনা ইবম্বা শরুক্তা করিমতা য়াওদে। মতমদুদা লৈবম্বা মীশিংগী মরমদা ইরম্বা পুম্বা, মীওইশিং অদুগী মরমদা থোকখিবা থৌদোক মখোয়না তৌবম্বা থবক অমসুং মখোয়গী মবমচৎকী মরমদা, ঙাক ওইনা তৌই। গ্রীক্কী মীগুম্না মখোয়শিং অদু ৱাখল খনবা, মখুৎ মশা হৈবা ঙাক ওইনা তৌই; হৌখ্রবা থবক্কী মরমদা খনবা ৱাখল, য়েক-খোৎপা, পোৎশক ওইনা শাবা, মখুৎ মশা হৈবগী থবক্লা মখোয়বু লিচিং অমদা হোয়দুনা পুই; তুংদা লাক্কদবা মীওইশিংবু লমজিংনবগী ওইনা পাওতাক, লমচৎ-শাজৎ কয়াবু লাই-তিন ওইনা ফাওবা মখোয়না য়েকথোক্লমই।

গ্রীক, চীনা অমসুং আরবকী মীশিংগুম্না ভারতকী মীশিং অসি ইতিহাস ইবা মী নত্তে মমাংঙৈদদি। মসি যাম্না লাইবক থীবনি, মসিনা মবম ওইদুনা থৌদোকশিংগী অচুম্বা তাবিক লেপ্পা, মবক্তা য়াওদবা তারিক মেনখৎপদা ঐখোযদা যাম্না ৱানা থোকই। ভারত-ইতিহাসকী লংলা লংজিন পুনখ্রবা লংজিন হৌজিক মতমগী অখাং কনবা পণ্ডিতশিংনা মথং মথং পুথোকলি। থায়নগী ওইবা কুইরবা হায়ববু কশ্মীরগী ইতিহাস, রাজতরঙ্গিনি কৌবা অরিবা লাবিক অসিতা মঙাইবে; লাইবিক অসি তরানিথোই শুবা খৃষ্টাব্দাদা ইরম্বনি; লাইবিক অসি ইতিহাস ওইনা শিংথাবা য়াই। অতৈ লাইবিক্কী হাযকববদি কাব্য অমসুং অতোপ্পা লাইরিক্কী ভাবনা শাদুনা ইবা ইতিহাসশিং অসিমঙাই ঐখোযনা হায়গে হাযববদা মসি নত্তবা ঐখোযগী লৈজবা হায়বগা মান্ন-মান্নবা মতমগী বোকোর্ড, ইদুনা-হক্তুনা থনম্বা (নুংদা কোরি কোম্পাক্তা) মূর্ত্তি, খুৎশা হৈবগী পোৎশক, শাদুনা হক্তুনা থনম্বা পোৎ, শেন ময়েক, সংসকৃত্তা ইরম্বা লাইবিক ময়াম, মতম মতমগী কান্নবা য়েংদুনা ইবম্বা লাইবিক মযাম, ভারতবর্ষদা লাকখিবা মীরৈবাক্কী মীশিং মরুওইনা গ্রীক, অমসুং চীনাগী মীশিং অদুগা খবা থেংনা কায়নথংদা লাক্লম্বা আববকী মীশিংনা ইদুনা থনম্বা রেকোর্ডশিং অসি মঙাইরে।

ইতিহাসকী মচাক অমসুং জ্ঞান ৱাৎপনা ময়ামদা কায়বদি নত্তে, অতৈ মফমদসু অদুমঙাই অদুবু অতৈদগী ঐখোয়গীনা খজিক ফত্তবা হেল্লি; মীরোন খুৎথাং মথং মথং লিদুনা তানরকপা ৱারী, লাই-তিনগী ৱারী চৎনরকপা চৎনরোলগী মরমদা ইদুনা লৈরকপা থম্নরকপা শরুক, হৌখ্রবা মতমদা খন্নবম্বা ৱাখল মখোয়না শাগত্তুনা থমই। ভাবনা শাগৎপা ৱারী, অচুম্বা অমসুং ফুঙ্গা ৱাবী অনি য়ানশিন্নখ্রবনা হেন্না পাক্লা শন্না খ্বাইনা খংনবা হেল্লি; ৱারীশিং অদুনা কলচরগী হৌরকফমবু ময়াম্না য়ানিংবা মওংদা হেন্না কনশিন্না মীয়াম্‌দা তাকলি। তৌইগুম্বসুং ইতিহাসপু থৌওইদবনা, ঐখোয়না হৌজিক খংনবা হোৎনরিবা অসিগী ফল ফাওবা ফৎহন্দে। ৱাখলগী মিৎয়েং চম্মনরকই, অচুম্বা থৌদোক্লা মপুং ওইবা দবকার ওইরকপদা ৱাখল কুপশিনবা য়ারক্তে, থাজবা ৱাৎলকই, পুন্সিগী খোংচত্তগী চৎনবোন মপাল থোরকই।

হৌজিক মতমগী পৃথিবীগা তোঙান তোঙানবা বিজ্ঞানগী পুশিন্নবা ফলাফনগা অনিনা থোকইবা থৌদোকশিংগী অচুম্ববু থাগৎপা য়াবা মওংদা পুথোকলি, কুপ্পা নৈনবা ৱাখলগী শক্তি চাওখৎহল্লি, অচুম্ববু থাজবা ৱাৎশিল্লকই। হৈ-শিংলবা ইতিহাস ইবা মী কয়ানা হৌজিক ইবগী থবক পায়খৎনরে, অদুবু অমরোমদা মখোয়সু তত্তনা লাল্লি, মখোয়না

ইবিবা শককশিংদু থোকখিবা থৌদোকক্কী কুপ্পা মথং মনাও নাইনা, ইবা অচুম্বা ঙাক ওইনা তৌই, হৌজিক হৌজিকমক থোকপা ইতিহাস ওইনা তৌদে। থায়নগী ওইবা মীথাং য়ৈনা লিথনবকপা ৱাবীনা ঐখোয়বু ঙহাক ঙহাক্কী ওইনা চম্মনহল্লি, বুদ্ধি লৌশিং চংখোল্লবা মী কয়াগী কুপ্লবা জ্ঞানগী শক্তি মাংহল্লি, মসিসু ঙসি ফাওবদা অঙকপা অমা ওইবি। মসি অমবোমদা ঐখোয়গী জাত্তিগী ওইনা তৌবা উই, হৌজিক হৌজিকমক থোকইবা থৌদোক্তা ইবাক্রবি ঐখোয়'জাত্তিনা। বাজনিতি ধর্ম্মনিতিগী মতাংদা ঐখোয় ইশামক নিংতম্লবতদা ঐখোয়গী ৱাখল ঐখোয়না শীজিন্নজবা ঙমগনি, ৱাখলগী লৈজবা চাংদা অমদি য়াম্না চেকশিন্না কুপশিনবা চাংদা।

খন্ন-নৈনবগী মিৎয়েং অমসুং জাত্তিগী ওইনা চথবকইবা থাজনবা ৱাখল, অনি য়ৈখায়নবগী তত্তনা মফম অয়াম্বাদ বিক্রম সম্বৎকী কেলেঙ্গুব চৎনবি; মসি নুমিৎকী খোংচৎ পানদুনা লৌবি; তৌইগুম্বসুং থাশিঙনা থাগী খোংচত্তগী লৌনবি। ১৯৪৪ গী এপ্রিলদা, হৌখিবা থাদা, কেলেঙ্গুবগী মতুং ইন্না চহি ২.০০০ মপুং ফাগ্রবনি অদুনা অনৌবা চহি ১,০০০ হৌগ্রবনি। ভাবত শিনবা থুংনা পালন তৌনগ্রবা থৌদোকনি; অসুম্না পালন তৌনগ্রবা থৌদোক অসি চুম্লবনি মবমদি নুমিৎ মশীং থীবকপদা মসি অচৌবা অনৌবা অহোংবা অমা লাকপনি অমদি কেলেঙ্গুব অসিগা নক্লবা মমিং লৈববা বিক্রম নত্রগা বিক্রমাদিত্য হায়বসি খ্বাইনা খংনববা ৱাবী কয়াদা মতম শাংনা অচৌবা অকন অথৌ ওইবকপা নিপানি। মশীং লাকঙমদ্রবা ৱাবী কযাদা মাগী মমিং য়াওবি; মধ্য যুগকী মতমদা এশিযাগী মফম অযাম্বাদ, কায়নথংদা ইউবোপ্তা, তোঙান তোঙানবা মওংদা ৱাবীশিং অসি য়াওবা থেংনৈ।

বিক্রম, জাত্তিগী থৌনা ফবা নিপানি, ফজবগী পীদম্নফম ওইবা নিংথৌ মচানি। মীবৈবাক্কী লান্দাবকপশিংবু তাম্বোকখিবা, লৈবাক ঙাকপা নিংথৌনি হাযনা মহাকপু নির্শিংনবমই। লাইবিক লাইশু কয়াদা মহাক্কী মিংচৎ য়াওবি, মহাক্কী দববাব। কলচবদা তোমথিন ওইনা মশেক মঙান চাওবা ৱাবী কযাদা মহাক্কী মিংচৎ যাওবি। মাগী দববাবদা খ্বাইদগী মমিং চৎপা লাইবিক ইবা, লাইযেকপা অমসুং ইশৈ শকপা কয়া অমা য়াওবমই; মখোয অদু মাগী দববাবগী 'নববত্ন' হাযনা (মমিং চৎলমই) কৌনবমই। মীওইবগী ফনবদা তৌগে নিংবা, কনাগুম্বগী কান্ননবগীদমক মশাগী কান্নবা থাদোক্নে নিংবা নত্রগা মশামক কৎথোকপা ঙম্বা অসিগী মবমদা মাগী ৱাবী অযাম্বা ইবমই। পুকচেন চাওবা, মীওইবগী কান্নবা তৌবা, থৌনা ফবা, মীনম্বা ওইদবা ঙাংদবা তৌবগীদমক মহাক মমিং চৎলমই। মকওইনা মানা মমিং চৎপদি, মযাম্না নুংশিবদি মহাকপু অফবা মী অমা ওইনা খ্বাইনা খনবা, কালাবিদ্যাদা শকক য়াবা মীওই অমা ওইবননি। লৈবাক জয়তৌবা নিপা অমা ওইনা অথৌবা মানতা ঙমবা সিফাই অমা ওইনা মাগী কবিগুম্বা ৱাবীদা পনবা লৈতে। মী ফবা মশাগী ওইজবা থাদোকপনা মশাগী চবিত মবমচৎ ওইবা অসি ভাববাসিশিংগী থম্মোইনা পামজবা ফীদম্নফম ওইবমক্লি। সিজবগুম্না বিক্রমাদিত্যসু খংন খুদম অমদি মিংথোন মখল অমা ওইখি; মমৈদা নিংথৌ কয়ামকম্না মাগী মমিংবু মখোযগী মমিংদা হাপচিন্নবমই। ইতিহাসতা বিক্রমাদিত্য কয়া অমা য়াওবনা মতাং অসি (কবম্বা বিক্রমাদিত্যবুনো হায়বসি) চম্মননা থোকই।

তৌইগুম্বসুং হায়বিবা বিক্রমাদিত্য হায়বসে কনানো ? কবম্বা মতমদা (লৈবমই) পাল্লমই ? ইতিহাসকী মতুং ইন্না হায়বা তাববদি পূম্নমক (ময়েক শেংনা হায়বা ৱাগনি) ইয়েৎ য়েৎশিন্নগনি। বিক্রম সম্বৎ থিবা হৌখিবা মতম ৫৭ বিঃ সিঃ অদুৱাইদা অসিগুম্বা নিংথৌ অমা পানখিবা লৈতে। অদুম ওইনমক মবিশুবা শকাব্দিদা অৱাং ভাবত্তা বিক্রমাদিত্য কৌবা অমা পাল্লমই। হুন কৌবা লান্দাবকপা কাংবুগা লান শোক্লদুনা মখোযবু তাম্বোকখি। মহাক্কী কোর্টদা দববাবদা নববত্ন লৈবম্মী হায়না মহাকপু থাজনবি, ৱাবী পুম্বসি মাগী মবমদঙাক ইবনি। মসিনি থোকইবা থৌদোক হায়ববু; ৫৭ বিঃ সিঃ গা হৌখিবা চহিগা মবি লৈননা মবিশুবা শকাব্দিদা পানখিবা বিক্রমাদিত্য অসি কবম্না তৌবিবনো ? খন্নবা য়াবা ৱাফম হায়ববু ৫৭ বিঃ সিঃ অদুৱাইদা মধ্য প্রদেশকী মনুংচম্না লৈবা মালব ষ্টেটতা বিক্রম কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই মাগী মতুং কাইনথংদা সম্বৎ অসি হৌখি অদুগা মাগী মমিং লৌদুনা মিংথোলখি; অদুনা মসি পূম্নমক অসি চম্মম্লবনি অশেংবা খংদবনি।

চহি লিশিং অনি হৌরকপগী মতমগা ৱাবী লাইবিক্তা য়াওবিবা বিক্রম অথৌবগা মবী লৈনহন্নবা ইতিহাস ইবদা জ্ঞান লৈববা শিংলবা ইতিহাস ইবা মীশিংগা লানথেংনদুনা অমত ওইবা জাত্তিগী শাসন মথাদা অপুনবা ভাবত লিংখৎনিংবগী

আশা মতুং ইন্না কয়া কন্না হোৎনবম্বগে হায়বসি খংজিল্লুবদা পুক্লিংদা নুংঙাইবা পোকই। তশেংবদি, বিক্রমগী লৈবাক অদু অৱাং ভাবত অমসুং মধ্য ভাবততমক ওইবমই।

অপুনবা জাত্তি অমা ওইনিংদুনা অঙম তানবা ইতিহাস ইবদা, খন্নবদা জাত্তিগী ওইবা কান্নগদবা মওংদা লম তানশিল্লকপসে ভাবত্তা লৈবা মীশিংতা নত্তে। হৌগ্রবা থৌদোকপু ফহন্নিংবা, স্নাগী মথক্তা তম্ফা থিনবগুম, মখোয়গী ওইবা কান্নবা মওংদা পুশিন্ননবা হোৎননিংবা অসি মীপুম খুদিং জাত্তি খুদিংমকনি। ভাবতকী মবমদা ইবা, ঐখোয় পৃম্বনা, পানবিবা ইতিহাসশিংদা মক ওইনা সাহেবশিংনা ইবা ইতিহাসতা, বৃটিশ শাসনবু ঙাক্তুনা, থাগৎতুনা অদুগা চহি লিশিং অমগী মতমদা থোকখিবা তুক্কচববা থৌদোক কয়াবু উৎনা ৱাইনা কুপশিন্দুনা লৈনবমই। তশেংনমক মখোয়গী তশেংবা ইতিহাসদি সাহেবশিংনা ভাবত্তা হেক লাকপদগী হৌগদবনি; অদুবু মদুগী মপুং ফাহনবা ওইনা লৈবমই। বৃটিশ পেবিওডকী (বৃটিশনা শাসন তৌবিঙে মতমগী) ইতিহাসকী শকক্তা সাহেবকী ৱায়েন শাসন সাহেবকী ধর্ম্ম লৈবা থবক ঙাক্তবু থাগত্তুনা ইবি। মদু চুমথোক্তুনা অচুম্বা মওংদা যাম্না তপ্না ইনবকপা হৌবি। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা অফ শাদুনা পংই ইশিল্লম্বা মশাগী ফনবা, ফজনবা খন্দুনতা ইবম্বা মখোয মখোযনা নিংজবা অদুতা তানবা ইবম্বা ইতিহাসকী থৌদোকপু লৈনা (য়েংশিন্না) ইবম্বগী খুদমশিং অদু পংপু পুথোকউবনা ঐখোয়গী কান্নবা লৈতে। হৌজিকমক লৈবিবসিদি অসিগুম্বনা পীক থনপ্রে, হৌজিকমক ঐখোযনা উবিবা খংইবা পুর্ম্বসিবু নৈখাইদুনা ইতোৎ তোৎশিন্ননা ইববদি মতুংদা কবি ওইহৌগনি ?

অদুগী মথক্তা ভাবতবাসিশিংদি থায়নদগী হৌনা মীবোন যৈনা খংনবকইবা ৱাবীবু তোপ তোপ্না মওংদা লৌদুনা, য়েৎনবা, মতিক চাবা চাংযেং য়েংদনা ইতিহাস ওইনা হেক্ত ইশিল্লি। অসিগুম্না কোমথোক্না খনবা ৱাখল থাদোক্কদবনি, ৱাবেপ তানবা পাম্বে য়েংগদবনি।

তৌইগুম্বসুং লাই নিপা নিপীশিংগী মবম ঐহাক লৌনিংদে, লাইগী ৱাবী লাইবিকশিং ইবা হৌবা মতমগী মমাংদগা হৌনা খল্লবনি। মীওইবগী পুন্সিনা প্রকৃতিগা অমতা ওইনা তিন্ন-তোৎনদুনা মপুং ফাবা নুংঙাইববা পুন্সিনা মীওইবগী পুন্সি ওইবিঙে মতম, জগৎকী অঙকপা থৌদোকপু নুংঙাইবগা অঙকপগা যান্নবা মীওইবগী ৱাখলনা যেংলিঙে মতম, স্বর্গগা মর্ত্তগা অমগা অমগা য়াম্না নকুনা উবিঙে মতম, ওলিম্পসকী লাইশিংনা কুমথবক্তুনা তাইবংমী নিপা নিপীশিংগা শান্নমিনবা নত্রগা দর্ণ্ড তৌবগুম্না, লাই নিপা নিপীশিংনা কৈলাসতগী অমদি হিমালয়গী চাক্তাফম মফম কয়াদগী তত্তনা কুমথবকলিঙে মতম, অদুগুম্বদুনি মতম অদু। অৱাৎ-অপা লৈত্রবা পুন্সি, ভাবনা সাবগী অৱাৎপা লৈত্রবা মতম, মসিপুম্বা লাইগী ৱাবী, থাঈনগী ওইবা ৱাবীবু খম থেংনা চাওখৎহল্লমই; গ্রীক্কী লাইয়ামগুম ভাবত্তা লৈবম্বা মপাঙ্গল কল্লবা মশক মতৌ ফজববা লাই নিপা-নিপীশিংনা ফজবা অমদি নুংঙাইনা লেনবা পুন্সিগী তুংনফম ওইরমই। প্রোফেসব গীলবর্ট মীবী (Prof Gilbert Murry) না (Five Stages of Greek Religion Page 76 et scq) ওলিম্পীয়ানগী চৎনবোলগী চুম্নতা ফজবা অদুগী মবমদা ঐখোয়দা হায়বম্মী। ভাবত্তা লৈবা মীওইশিংগী মপুক্লিংদসু হায়বিবা ফজবগী মওং অদুমক, য়েলহৌঙেদা পৃথিবী, মী, জীবপানবা পুম্নমক শেমগৎ-শাগৎপগী মতাংদা, মমি তাবমই। হায়বিবশিং অসি লাইবিক ইবা অমদি কলাকাবশিংনা মংবা ৱাখলগী মং, ফীদম্নফম ওইবা থবক, খাংবা কনবা, পুকচেন শেংবা, অচুম্ববু মীশক মমিং পানশিন্দুনা ইবম্না ৱাবী লাইবিক ঙাকনি; হায়বিবশিং অসি মখোয়গী ৱাখলনা লাম্বা ফংদবা পোৎশক্কী খুদম ঙাক্লি। মখোয়শিং অসি তংখাই চাবা অশিংহৈবোংগুম, তম্খাই থাজদ্রবা ৱাবীদা ফাজিন্দুনা হাপচিনবা লাইঙাক্লি, ভাব তাদনা, থাজবা শাজিন্নবা লাইঙাক্লি, থাজবগী মখা পোনবা লাই ঙাক্লি। মশানা ইচিং চিংনগনবা প্রকৃতিগী অচুম অবান থিব৷ মীওইবনা অসিগুম্বা মীওইবগী মহৌশা ওইবা চেকশিনজবা হৈনজবা অদুগা লোয়ননা, অচুম্বা থিবদা অহানবা হৌগৎলকপা ৱাখল অমদি অমমবদা পোৎ থিবদা থানবা মঙালগুম মখোয়না ভাবনা শাগৎচ্চবা লাইনি। মী খুদিংমক্তা অশেংবমক ওইনা থাজদ্রবা লাইশিংনি মখোয় অদু। প্রোফেসব মুর্বিনা মখাদা হায়বিবা অসিমক, চপ চানা, ভাবতবর্ষদা পানশিনবা য়াই ঃ "মীওইবনা হক্তুনা শাবিবা ফজববা লাই-মূর্ত্তি পুম্নমক, অশেংবা লাই নত্তে, ঈশ্বরগী শক্তম পুক্লিংদা লাকশিনবদা তেংবাংনবা লমজিং খুদমনি; মবম'সিনা খন্নবিবা লাই মশামক অশেংবা নত্তে, অচুম্বা মশক থিনবা লমজিং শক্তমনি . . . অদুম্নদি ওইরগা

ত্তানগা তাইওন্নবা থাজববু মখোয়না (লাইশিংসিনা) পোকহন্দবদি নত্তে; মীওইবগী মশামক্তি, থম্মোইনুংগী অশেংবা ব্রাখল-ত্তানগী মায়োক্তা, মীওইববু পাপ লংশিন্ননবা পাওতাক পীবসু নত্তে।"

বেদ্গী, লাই নিপা-নিপীশিংগী মতমদু নোংম নোংমগী অসুম অসুম চাং হল্লবক্কে, অশেংবা অচুম্বা থিবা দর্শনশিংদুনা মহুৎ শিংগৎলক্কে। তৌইগুম্বসুং মকপ মপাংগী অব্রা-অনং মতমদা লাইশিংগী ব্রাখল খনবা নিংউবনা পুবকপা নুংঙাইবা, অশেংবা খংদবা চম্মল্লবা ব্রাখলগী শক্তম অমদি লাইবু থাজবদি ইতাও তাওনা মীওইবগী ব্রাখলগী ইপাক্তা লৈবি। মপুংফানা মবিক চুম্না ফজবা, অমদি নুংশিবা ব্রাখলনা য়োমশিন্দুনা, মখোয়গী ব্রাখলগী মংদা শাবা য়ুম কয়া কবিশিংনা শাগৎলি। ভাবতকী ওইবা লাই-তিনগী মবমদা ইবা ব্রাবী কয়াদগী লৌথোক্কুনা কবিশিংনা ভাবনা শাবা অমদি থাঙ্গনগী ওইবা ব্রাবী লাইবিক কয়াবু এফঃ দবলিউঃ ব্যাইন্না মপুক্লিং হবাওনা লৌখত্তুনা ব্রাবীশিং অদু পাক্কবা লাইবিক মচা কয়া থোক্লা ইথোকই। লাইবিকশিং অসিগী মবক্তা "The Digit of the Moon" হায়না মিংথোনবা লাইবিক্তা নিপীবু কবম্না শাগৎপগে হায়বদু ঐখোয়দা উৎলি। অহানবা হৌগৎলকপমক্তদা, নিপীবু শাবকপদা ত্রাসত্রিনা (শেম-শাগৎপা হৈবা লাইনা) থবক হেক পায়খৎলকপগা নিপা শাবদা চংগদবা মচাক ব্রাৎশিল্লকপা, মক ওইবা মচাক লৈবক্তবা মহাক্লা থেংনখি। অফ-ফত্ত কুপ্না ব্রাখল তৌবগা মপুং ফানা মমুৎতানা খন্নববা তুংদা মহাক্লা অসুম্না লৌখৎলমই; থাজগী মপুং ফাবধা মকোই, উবিগী থেক্লা নৌবা মকোয, উবৈগী মবানা উদা নপ্পগী ফজবা, মালংবনা য়ৈবদা নাপি-শিংবীনা থেক্লা নৌনা হায় হুম্না, শিংনাংগী তনাপ তনাপ্পা মওং শাবদা, লৈবাংশিংগী পোমশাৎনবকপা ফজবা শক্তম, উনা ব্রানাগী অয়াংবা খিং খিং লাওবা, মশা মখিং লোইবোই পুম্নুম হুইথবকপা শামু ময়াগী নিংথিবা, শজিগী মিত্রা, যাম্লবকপা খোইবাংদা জুম জুম লাওনা তোংবা খোইশিংগী অপুনবা শক্তম, থোবকপদা ঙাইবিবা নুমিৎকী পুক্লিং হুনা নুংঙাইহনবা মশেক মঙান অমদি লুম্মু শাবা নুংশা, লৈচিল্লা নুংশুক নুংজা[illegible] কপ্পা, নামিবা নুংশিৎকী তথকপা শাজৎ, থেবগী কীগনবী শক্তম, ব্রাহোংগী নাপল উৎপা শাজৎ, তেনবাগী মখাগী অথোৎপা, হোংবা লৈতবা পুকচেনগী মনুং কনবা, খোইহিগী অথুম্বা, শা-কৈগী তমথীবা, লিবি চাকপা মৈগী লুম্মু শাবা মৈশা, উনগী অইংবা, শেন্দাংগী চেৎ-চেৎ খোংবা অনিনবা খোঞ্জেন; কোকিলগী পঞ্চম শুববু ঙমজবা খোঞ্জেল, ব্রাইনুগী তৌশিন্নবা মতাঙ, ঙানুথঙ্গোংগী থাজনবা নুংশিনবা ......... গুর্ণশিং অসি, মহাক্লা, পুনশিল্লগা, নুপিবু শাদুনা অসুম্না শাববা নুপিবু নিপাদা পীবমই (থাজবমই)।

# মরিশুবা পন্দুপ

## তরাহুমদোইশুবা তাংকক

## মহাভারত

মহাকাব্যশিং করম্বা মতমদা থোকখিবগে হায়বদা লুনা থোকই। কুইপ্পবা মতমবু মহাকাব্যনা নৈনরি, মতমদু, আর্য্যশিংনা ভারত্তা লাক্তুনা খুন্দানবা হোৎনবা, মখোয় মশামক লৈতানা লৈনবা হোনবা, মতমনি। লাইরিক ইবশিংনা মখোয়গী মরমদা চুম্না ইরমই অমদি মথং মথং মতমগী ই-ইদুনা হাপচিল্লমই। রামায়ন, লিংজেল মান্নবা মতমদা ওইবা, লিচৎকী-শাজৎকী ওইবা অকন-অথৌগী মবমদা ইবা পদ্যনি; মমাংঙৈদা লৈবম্বা মীশিংগী মরমদা মীথাং য়ৈনা খংনরকপা জ্ঞানগী পাকচাওরবা মখল-মথেল কয়ামরুম্না তিন্নবা ৱারীনি। বুদ্ধ ধর্ম্ম চক্লিঙৈ মতম কয়াগী মমাংদা অনি অসি মওং অমা তানা, ইদুনা লৈরমলবনি; মমৈথংদা হাপ্তোক হাপচিন খরা তৌখি হায়বদা চিংনিনিংঙাই ওইদে।

ফ্রান্সকী ইতিহাস ইবা মিচেলেটনা ১৮৬৪ দা রামায়নবু মরুওইনা পন্দুনা হায়, "য়ামনা ইনিংবা নত্রগা লাইবিক ইব কনাগুম্বনা পুন্সি অমসুং যৌবনগী ওইবা লোয়বা লৈত্রবা বসপু চাওববা পাত্রদগী থকসনু ......... । নোংচুপ হারমর্দদি পূন্নমক চপই, পীকই, ........... গ্রীক হায়রা, অসুপকী মতিক পীকই ঐহাক নুংশাশ্বর ফুন্দৌই; খুদিয়া হায়রা কনিসু য়াওদে ঐনা খংবনা হেল্লি। ৱাংচাওরবা এশিয়া, পাকচাওরবা নোংপোক লমদমলোমদা, ঐহাক্তা মতম খরদং য়েংলুই। ঐগী নিংথিরবা কবিতা, পাক-চাওপ্পবা, ভারত মহাসাগরগুম, নুঙাইবা ফজবনা থল্লবা, স্নাগুম ফুংদোংলবা নুমিৎকী মশেক্লা, ঈশ্বরনা পীরকপা নিংথিবা নুংশিবনা থল্লবা লাইরিক, মফমদুদা লৈরি। ইচিক হুল্লবা অচিকপনা মফমদুদা লৈরি, খেৎনবা কয়াগী মরক্তা লোয়বা নাইদ্রবা নুংশিবা ইচেননা তত্তনা চাংজৌপানা চেল্লি; মপান নাইদ্রবা মচিন মনাও নুংশিনবা প্রেম্না জীব পৃশ্বগী থম্মোইদা তত্তনা ইনোৎ পীনা পীনা ৱাইরি; চাংজৌ লৈত্রবা সমুদ্র নুংশিনবগী, অৱাবগী অমদি থৌজানগী – শন্দোকখি মিৎয়েং কাবন লান্না।"

অকন-অথৌগী মরমদা ইবা কবিতানি চাওববা – রামায়ন অসি - পান্নরবা মীওইবনা; পৃথিবীদা তোমথিনবা লাইরিকশিংগী মরক্তা তশেংনমক মহাভারতসু অমনি। মসি চাংজৌ লৈতনা চাওরবা থবকনিন কলমগী, ইনসাইক্লোপেডিয়ানি (য়েংউবদা থিরুবদা অৱাৎপা লৈতনা য়াওরবা লাইবিকনি) থায়নগী ওইবা ৱারী লাইরিক্কী, বাজনিতিগী সমাজগী হৌফম-তুংনফম ওইরবা থায়নগী ওইবা ভারতকী। য়েৎনবা লৈতনা চুমলবা চেফোং অমা, ফোংনবগীদমক চহি তরা নত্রগা খরা হেন্না, ভারত্তা লৈবা মতিকচারবা পণ্ডিত কাংবু অমনা, অফংবা তোঙানবা লাইরিকশিংগী মরমদা, তর্ক বিতর্ক তৌনা পরিক্ষা তৌরমই, লাইরিক অমগা লাইরিক অমগা চাংদম্নরমই। শরুক খবদি মখোয়না ফোংপ্রে; অদুবু মখোয়গী থবক অদু হৌজিকফাওবদা, মপুং ফাহনবা ঙমদবনা থবক অদু চথরি। অকীবা ফংনা য়াম্না ঙন্না লান শোক্লরিঙৈ মতমদুদা ফাওবা রশিয়াদা লৈবা নোংপোক হাবমগী পণ্ডিতশিংনা মহাভারতপু রশিয়াগী লোন্দা হন্দোকখি।

মতমদুদা মীরৈবাক্কী মীশিংগী চৎনবীগা লোয়ননা মীরৈবাক্কী ওইবা মচাক কয়া ভারত্তা চংশিনলকলমই। চৎনবীশিং অদু আর্য্যশিংগী চৎনবীগা চান্নরমদে; মরমদুনা ওন্নতৈনবা ৱাখল অমদি চৎনরোলগী মায়োক্তা অঙকপা ফংনা য়ানশিনবা অমা ওইনা থোকলমই। নিপীনা মপুরোইবা অমদগী হেন্না লৈবগী নিয়ম, আর্য্যশিংগী মরক্তা লৈরমদে; অদুবু মহাভারতকী ৱারিদা য়াওবা লুচিংবীশিংগী মরক্তা অমখক্তি মচিন মনাও মগাগী অমতা ঙাইবী তালোয় ওইরমই। হান্না লৈরম্বা অমদি নৌনা লাকপা কাংবু মথং মথং অমতা ওইনা চুমশিন্নখি; অসুম তৌদুনা বেদ মতমগী ধর্ম্মবু হোংদোকখি। হৌজিক ওইরিবা

হিন্দু ধর্ম্ম অসি ওইবকপা য়ানবা, তিনশিনবা য়াবা শরুক পুম্নমক য়ানশিন্নবা হৌখি। মদু ওইথোকপা য়াবমই; অচুম্বা হায়বসি অসিমক ওইবে হায়নিংঙাই লৈতবনা অমগা অমগা তিনশিনবনা অহৌবা শরুক ওইবন্নিনি; অসিগুম্বা অসি থিজিন্নবা, য়েংশিন্নবা, তোঙান তোঙানবা লম্বী কয়ামকম লৈবমই। মবমসিনা খাংবা কনবগা লোয়ননা খেৎনবিবা মখল মথেন পুম্নমক অদুগা তাইওন্ননা থাজনবিবা শরুক পুম্বা য়েংবা তাবনি।

ইণ্ডিয়া পুম্বা হায়বদি ভাবতবর্ষ অসি অমতনি হায়না কনশিন্না হায়নবা মহাভবত্তা লিচিং অমতা ওইনা হোৎনবি মবমদি ভাবতবর্ষ অসি, জাত্তি অসিগী ৱাবিগী মতুংইন্না লিংখৎখিবা, ভবতকী মমিং লৌদুনা কৌনখিবনি। মমাংঙৈদা কৌনবম্বা মমিংদি আর্য্যবর্ত্ত অমদি আর্য্যশিংগী লৈবাক হায়বনি; তৌইগুম্বসুং লমদম অসিনা অৱাংথংবা ভাবতবর্ষদগী মধ্য ভাবত্তা লৈবা বিন্ধ্যা চীংজাও ফাওবদমক কোল্লমই। মতম অদুদা চীংজাও অসি লান্না আর্য্যশিংনা শন্দোকখিদে। বামায়ন ৱাবিদি খাবোমদা আর্য্যসিংনা লাঞ্জাও অসি তবামবি শুবা বিঃসিঃদা থোকখিবনি হায়না মবম শেংফাত্তনা খঙ্গে। লাঞ্জাও অসি ভাবতকী (অৱাং ভাবতকী) নিংথৌবেন-পদবীগীদমক শোক্লবা লাননি, ভাবতবর্ষ অসি অমতনি হায়বা ইণ্ডিয়াগী মমি তম্বা হৌবকপবু লাঞ্জাও অসিনা মমি তর্মলি। অসুম্না মমি তমলকপা মতমদা, হৌজিক লৈবিবা পাকিষ্টানগী শরুক অয়াম্বা, মতম অমদা গন্ধাব কৌনবম্মী; লমদম অসি (মমিং অসিদগী লৌদুনা কান্দাহাব মিংথোন্দুনা হৌজিকমক লৈবিবা সহব অসি) ভাবতবর্ষগী মনুংচনবা অচৌবা শরুক ওইবম্মী। ডিল্লি নত্রগা ডিলহি হায়র্বাসিদি অনৌবা সহবসি নত্তে, অনৌবা সহবগী মনাক নক্লা লৈবা থায়নগী সহবশিং – হস্তিনাপুব অমসুং ইন্দ্রপ্রস্থা, ভাবতকী থায়না লৈবম্বা অচৌবা সহবশিং ওইবম্মী।

মহাভাবতকী মবমদা ইবদা সিষ্টব নিভডিটা (মার্গ্রেবেৎনোবল) না থিন্দুনা হায়বমই, "মীবৈবাক্কী লাইবিক পাবা, মীওইশিংগী মপুক্লিংদা থুক লাওনা পানবা হিবম অনিখক যাওবি ঃ অহানবদা, যেৎনবা মবক্তা অমতা ওইবা, অদুগা অনিশুবদা, অমতা ওইনা পুনশিনহনবা ৱাখল, মমাংঙৈদগী চৎথনবকপা অকন অথৌগী ৱাবী মতুংইন্না ভাবতকী ওইনা পুনশিনহন্দুনা অমতা ওইবা ভাবতবর্ষ ওইহন্নিংবা ৱাখলদু, ৱাবি তাবিবা মীপুম খুদিংদা তাক্লবা হোৎনবনি।"

কৃষ্ণগী মবমদা ইবা ৱাবি কয়া অমদি মমিংচৎলবা ভাগবত গীতা হাযনা খংনববা শৈবেং মহাভাবত্তা য়াওবি। গীতাগী ওইবা দর্শন শাস্ত্রগী শরুক্তগী, তোঙান্না, চৎনবোল, লৈবাক্কী অমদি সাধাবন পুন্সিগী ওইবা মরুওইবা নিয়ম, লমচৎ শাজৎকী মবম, মহাভাবত্তা ইবি। ধর্ম্মগী হৌবকফম নিয়ম য়াওদ্রবদি, অশেংবা নুংঙাইবা লৈবোই, অমদি সমাজগী যাইফ থৌবাংনি, তোপ তোপ্পা কাংবু অমতগী ওইবা নত্তে পৃথিবী অপুম্বগীনি, হায়বদি "পৃথিবী অপুম্বগী ওইবা লমচৎ শাজৎ ফজবা হাযবসে ইশা ইশাগী ওইবা ইন্দ্রিশিংবু থুদুম চনবনি"। অদুগা ধর্ম্ম হায়বিবসিমক মতম অমদি মতম মতমগা ইবোইনবা ফীবমগা মবি লৈনৈ, মখোযগী মখাপোল্লি, হায়বদি অচুম্বা, অহিংশা অসিনচিংবা তৎন-থানবা য়াদে। নিয়মশিং অসি লেংদনা লৈ, হোংবা নাইদে, অদুগা মদুমক নত্রবদি মীওইবগী মথৌ থৌদাংগা দায়িত্বগা পুন্না পুন্না চৎমিন্নবা ধর্ম্ম অসি তোঙান তোঙানবা চহিগা লোযননা অহোংবা নাইবা তাই। মফম অসিদা অদুগা অতৈ মফমদা অহিংসাবু কনশিন্না থাজবনা নুংঙাইবা পোকহল্লি অদুগা তৌবগীসু ধর্ম্মগীদমক্তা য়েংদুনা শোক্লবা লানগা মসিগা অনিগী মবক্তা তাইওন্ননা খেৎনবা কবিমতা উবা ফংদে। কাব্য অসিমক লাঞ্জাও অমগী মবমদতা, লাঞ্জাও থোকনবা ইবা ওইনা তৌই। তশেংবমক, অশাওবা, অমদি তুক্কচনিংঙাই ওইববু লাকশিনবা ৱাখল অমদি থবকপু নৈনবা ওইনা তৌই; দবকাব ওইবা, তৌদবা য়াদ্রবা মতমদা কা হেনবা থবক্তগী পাঙ্গলগী তৌবা ঙম্বা থবকপু থিংবা তাবনি।

মমল য়াম্বা থবক্কী নিয়ম মখল পুম্নমক অমদি ঐখোয়না খংবা য়াবা অয়াম্বা নিয়ম্না থল্লবা চাওববা পুকৈনি মহাভাবত অসি। মুনি ঋষিসিংগী কল্লবা মথৌ, তৌবা য়াদবা থবক কয়াবু কনশিন্না তাকপা, ভাবতকী ওইবা ৱাখলগী তোঙানবা ইচেন্দগী লাপ্পা থম্নবা থবক, তোঙান তোঙানবা, মপুং ফাববা, কোঙ্গোলগুম তনিক তনিকপা পুন্সিনা থন্না ইরবা মহাভাবত চৎনবোল লমচৎলোন মবাংকাইনা য়াওববসু মসি লমচৎ-শাজৎকী নিয়ম পাওতাক ইবা লাইবিক নত্তে। মহাভাবত্তা ইবিবসি

অসুম্না তেন্না হায়বা য়াই ঃ "নশানা য়ানিংদবা অদু নহাক্লা অতে কনাগুম্বগী মফমদা তৌরোইদবনি হায়রোইদবনি।" সমাজগী কান্নবা তৌবদা কনশিন্না ইরি কাব্যসিদা; মসিমক খংজিনবা য়াবা ঙাক্লি; মরমদি মতমদুদা ভারত্তা খন্নবা ব্রাখল অসি মীপুম খুদিংগী য়াইফনবা ঙাক ওইনা খন্নবগুম তৌই সমাজগীঙাক ওইনা তৌবসু মান্দে। অসুম্নসু হায়, "তৌরিবা থবক্লা সমাজগী নুংঙাই য়াইফনবমক ওইদ্রবা নত্রগা মদু তৌবদা নশানা ইকাইজবমক ওইনা থোক্লবা, অদু ওইরবদি মদু কদৌঙেদসু তৌরুরনু।"

অমুকসু – অচুম্বা, ইন্দ্রি খুদুম চনবা, সাধুত্ব ওইবা, পুকচেন চাওবা, অহিংসা, থৌদোক খুদিংদা ধর্ম্ম ঙাকপা – পুম্নমক অসি থবক তৌবদা মাইপাক্লা, ঙম্নবা উপায়নি; শাগে জাৎ নত্রগা ইমুং মনুংনা করিসু ওইবা য়াদে। "ধর্ম্ম ঙাকপনা, লমচৎ নাইদবা মচৎ অমদি অদুগুম্বা পুক্লিংগী থোয়না হেন্না ফৈ।" নুংঙাইথোকপনা অৱা-অনং য়োকখৎলি"। শেছুম তানবনা হন্না অমুক কাওরমই ঃ "মুগা তিলনা মহুম হাইরগা শি।" অরোইবদা য়ুদ্বান-কৈবানগী হীরমদা, অথিংবনা মীওইববু চাওখৎপদা খুমাং চাওশিলহল্লি ঃ "পেন্দবনা চাওখৎ খোংথাং থুজিলহল্লি।"

বেদগী মতুংইন্না অমদগী হেয়া লাই লৈ হায়বা, উপনিষদকী মতুংইন্না ঈশ্বর অমতনি হায়বা, ঈশ্বর অমদগী হেন্না লৈতে নত্রগা অনিশুই হায়বগী মত মকওইবা ধর্ম্মগী নিয়ম য়াওদ্রবসু ঈশ্বরদি অমতনি হায়বা পুম্নমকসি মহাভারত কাব্যদা য়াওরি। হেক য়েংবদা, শেমগৎ-শাগৎপগী ঙাক ওইনা তৌই; নিংথিনা নত্রগা খরদ ওইনা তৌরবসু মরম চাবা ঙাক ওইনা উই; অদুগা তোপ-তোপ্পা তোঙান্না তাবা ব্রাখলগী পনখৈ থম্বগুম তৌই। জাতি খায়বদা কন্না মুক্তে। অমনা অমবু থাজনবগী ব্রাখল্ল লেংদনা লৈবমই; অদুম্নদি ওইবগা কুইরবা নিয়মবু ঙাক্লা চৎপদা মপানগী অকনবা তৌবা ঙম্বা শক্তিনা তুহৎপা মুক্লরকপনা হান্না লৈনরম্বা থাজববু খজিক কোমথোকহল্লি, লোয়ননা মনুংদা অমতা ওইনবা মনুংগী ওইবা পাঙ্গল কলহন্নবগীদমক পুম্নমক চাং মান্নবা অমতা ওইনা লিংজেল মান্নবা ইহৌ অমদি হৌরকই। মতমদুদা অথিংবা নিয়ম কয়া থোরক্লমই। ষণ-ষণশা, ষয়াওগী শাদোং, থোংদুনা পীজবগী মরম মহাভারত কাব্যদা য়াওরি।

# মরিশুবা পন্দুপ

## তরামরিশুবা তাংকক

## ভাগবত গীতা

ভাগবত গীতা মহাভাবতকী শকক মচেৎ অমনি, পাক চাওববা ধর্ম্মগী শৈবেং মচেৎ অমনি। তৌইগুম্বসুং মসি তোপ তোপ্পা তাই, মশানা মপুং ফাজে। অমগা অমগা মবী লৈনবা শ্লোক ৭০০ য়াওবা কবিতা মচানি; উইলিয়ম জোন হম্বোল্ডটনা গীতাবু অসুম্না হায ঃ "গীতা অসি মীপুম খুদিংমক্কা খংনববা খ্বাইদগী ফজববা চুমলবা দর্শনিক ওইবা ঈশৈনি।" বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎত্রিঙৈ মমাংদা লাইবিক অসি ইবা লেংবা হেক হৌবদগী লাইবিক অসিবু মীওইবনা পাম্নবা অমদি মসিগী মগুণ, গুসি ফাওবদা চাওনা অদুম মবৈবি। দর্শণ শাস্ত্র অমদি জ্ঞান তানশিনবা গুম্বা বিদ্যালয় খুদিংদা লাইবিক অসিবু লুনা অথোয়বা অমা ওইনা লৌনবি; মাগী মাগী খুদোংচাবা মওংদা, লোম্দা হন্দোক্লরি। য়েৎনবকপা মতমদা, চিংনবনা মীওইবগী ৱাখল্লবু চমন্নহন্নবদা, তৌফম থোকপা মথৌগী কর্ম্মগী মবমদা য়েৎনদুনা ৱাখলবু মাইকৈ ফাংনা চোয়জাইহল্লকলবদা, জ্ঞান অমদি লমজিংগীদমক গীতাদা পুন্নমক্না য়েংনবকই। মবমদি মসি নৈনবোম্দা ইবা শৈবেংনি অদুদগী হেন্দুনা ৱাজনিতি অমসুং সমাজগী মবমদা নৈনৈ, মীওইবগী আত্মাগী মরমদসু মকওইনা নৈনৈ। মতম কয়াগী মমাংদা গীতাগী মবমদা মশীং লাকওমদবা মত পীনশ্রবনি হৌজিক ফাওবা তোঙান তোঙানবা মত পীনবা লেপত্রি। হৌজিক্কী মতমদা ৱাখল অমসুং জ্ঞানগী হীরমদা লূর্চিংলিবা – তিলক, অউরবিন্দু ঘোষ. গান্ধি – মখোয়না মাগী মাগী মত মতুং ইন্না ইনবি। গীতাগী মতাংদা অহিংসাবু গান্ধিনা চেৎনা থাজবি, কনা অমনা ধর্ম্মগা মবীলৈননা হিংসা অমদি লান শোক্লবসু তৌফম থোকপা অচুম্বা ওইনা লৌনবি।

মহাভাবত লাঞ্জাও হৌবমদাইদা, লানফম মযাইমক্তদা, কৃষ্ণগা আর্জ্জুনগা ৱা ঙাংনবা হৌবনা শৈবেং অসিগী অহৌবনি। মকপ মপাং, মবী মতাশিংবু হাত্তুনা লোযননা, মীযাম হাত্তুনা লান শোক্লগনি হাযনা খনবদা অচুম-অবানগী ৱাখলগী চক্রদা লৈপ্রবনা আর্জ্জুন অৱাবা তাবমই কবিগীদমক্তনো (হাৎকদৌবিবসি) ? অমাংবা অমদি পাপ অসিবু নমহত্তুনা করম্বা কান্নবা ফংগদৌবিবনো ? মশাদা লৈবা মপাঙ্গল পুম্বা মাংখিবমই লোয়ননা মাগী হৈ-শিংবগী চাং হম্বকম্মী। তৌফম থোকপা মথৌগা লমচৎ শাজৎকা অনিনা যেৎনবনা, চহি চহিগী ওইনা ফত্তবদা ওইবক্কদবা মীতোপচা ওইবগী মূর্ত্তি অমা ওইনা আর্জ্জুন্না লৈবমই। মখোযনা ঙাংনবদু তাবগা, মীওইবনা তৌফম থোকপা মথৌ অমদি সমাজদা চৎফম থোকপা লমচৎ ব্যবহাব, মীওইবগী পুন্সিদা থাবা যাদবা চৎনলোন, পূম্নমকপু লাকশিনবা য়াবা আত্মা পবমাত্মাগী শক্লোন, অসিনচিংবা মীওইবগী থাক্তগী হেন্না ৱাংখ্রবা চাংচত্তা ঐখোযগী ৱাখল জ্ঞানবু মথং মথং অৱাংবা থাক্তা চিংখৎলি। প্রকৃতিগী মশাগী লৈজবা অচুম্বা অমদি জ্ঞানগী মবমদা নৈনবা শকক যামনা মসিদা যাওবি লোযননা মীওইবনা চাওখৎ লমণুং য়ৌনবা লম্বী অহুম - জ্ঞান অমদি লৌশিং ফংনবা লম্বী, থবক্কী লম্বী, অমদি ধর্ম্মগী লম্বী --- অমত ওইনা তাশিন্দুনা পুনশিন্নবসু মসিদা যাওবি। অতৈ মবম কয়াদগী, ধর্ম্মগী মবমদনা হেন্না কর্নাশন্না হাযবগুম তৌই; পূম্নমক্কী শক্তম মকওইবা অমতদা পুনশিন্দুনা উৎপগী মবমদা, লাইবু খন্নববসু, মী মী অদুগী লাই মসিদা য়াওবি। মীওইবগী আত্মাগী হৌবকফমগী মবমদা গীতানা মকওইনা নৈর্নাব; মসিগী মনীদা পুন্সিগী নিতিগী ওইবা থবক্কী মবমদসু ইবি। পুন্সিদা তৌফম থোকপা থৌদাং থবক ওইনা তৌনবা গীতাদা তাকলি অদুন্নদি ওইবগা সংসাবগী ইবা অচৌবা মবম অমদি আত্মাগী হৌফমবু মতম পুম্বদা কাওদনবসু হাযবি। থবক তৌদববুদি যাদে, পুন্সিগী খ্বাইদগী ৱাংবা থবক্কা পুন্সিগা থানদবনি অদুগা চহি মতাং মতুংইন্না ফীদম্নফম ওইবা থবকসু খৈন্নে। তোপ তোপ্পা চহি মতাংগী ফীদম্নফমদি যোগ ধর্ম্মনি হাযবসি কাওবোইদবনি।

হৌজিক্কী ভাবত অসি অথিংবা শকক্লা য়ামই: অদুন্নদি ওইবগা থোকউ থোকউবা থবক তৌবা তাই; পুক্লিংনা পাম্বা থবক তৌদ্রবদি অৱাবা তত্তনা নংই; মবমসিনা থবক্কী লমদা চিংশিনবনা মীওইবগী থম্মোইনা ৱাকৎলি। থবক পুম্ববু

হৌজিক্কী মতমদা চথনরিবা থবকনি হায়না হায়বসু য়াই; হৌজিক্কী মতমদা তৌনরিবা থবক্তি সমাজগী চাওখৎনবনি, সমাজগী কান্নবা থবকনি; পূম্নমক থবক ওইনা তৌবনি, মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা মীগী ফনবা তৌবনি, মরৈবাকনিংবগী থবক তৌবনি, অরাবা কোঙ্গাই খাংদুনা মীগী ফরগা লোয়রে খনবনি। গীতাগী মতুংইন্নগদি অসিগুম্বা থবকশিং অসি তৌফম থোকপা ওইনা খনবা তাই; অদুম্নদি ওইরগা মসিগী মরুমদা আত্মগী ওইবা শরুক্কা মমি ওইনা তাগদবনি। থবক তৌবদি থাবা য়াদে অদুগা থবক্কী ফল মহৈদি খল্লোয়দবনি। মতম, ফীবম, পুম্বদা মরম অমসুং ফলাফলদি থানবা য়াদে; খুদক খুদক্তা ফংদ্রবসু অফবা থবক্কীদমক্তদি শোয়দনা অফবা মহৈ ফংবা শোয়দবনি।

গীতাদা য়াওরিবা পাওতাক্তি জাত্তি সম্প্রদায় অমতগী নত্তে, জ্ঞান তানশিন্নবা তোপ তোপ্পা লম্বী অমতদা নৈনদে। ব্রাহ্মণ ওইরবসু অতোনবা জাত্তি ওইরবসু মী খুদিংমক্তা নৈনবদা ইচুমতা চুমলবা গীতানি। গীতাদা অসুম্না হায়, “লম্বী পূম্নমক ঐঙোন্দা তিল্লি।” মরম অসিননি গীতানা সম্প্রদায় পূম্নমক্কী স্কুল পুম্বগী ফনবতা হায়রিবসি। মতম পুম্বদা ইনৌতা নৌবা পোৎ অমা গীতা মশাদা য়াওবি; মতমনা অসুম হৌপ্রবসু য়েৎনবা কোঙ্গাই থোকলুববসু মমৈদা অমতা ওইবা চপ মান্নবা মত তারকপদা, মনুংগী ওইবা মকওইবা শকক্তি অমতা ওইনা লেংদনা লৈ। য়েৎনবা কয়াগী মরক্তা অমতা ওইনা লেংদবা শরুক গীতাদা ইরি; তোঙান তোঙানবা মপানগী ওইবা, মতম পুম্বদা অহোংবা নাইবা মরক্তা গীতাগী শক্তি, মকোক মথং তেক্তা ওই; অদুগা অহোংবা নাইবিবা শকক অদু গীতাদা চপ চানা লুপশিনখি তোঙান্না খক তোখাই তাদে। চহি ২,৫০০ রোম শুরে গীতা ইবম্বা, ভাবতকী মীবোন কয়া পোকখ্রে মীরোন কয়া লৈখিদ্রে, রাখল কয়াগী মতুংদা, রাখল কয়া পোক্লখ্রে, অদুবু গীতাদা য়াওবিবা মচাক্তি অহোংবা কবিমতা লৈবকত্রি; চাওখৎলবা রাখল কয়া গীতাদা তাংখ্রে, হৌজিক ফাওবদা ইনৌতা নৌনা লৈবি, মীওইবগী রাখলনা পীবা অরাবা কয়া কোকহল্লি, গীতাগী লেংদ্রবা পাওতাক্তা।

# মরিশুবা পন্দুপ

## তরামঙাশুবা তাংকক

# থায়নগী ভারত্তা - পুন্সি অমসুং থবক

হৌখ্রবা মতম কয়াদা ভারতবর্ষদা চৎনরম্বা দর্শন শাস্ত্র, খুৎশেমগী ওইবা অচুম্বা থৌদোক, থিজিন্নবা, পুথোকনবা অমদি চাওখৎহন্নবগীদমক পণ্ডিতশিং দর্শনিকশিংনা হোৎনবা য়াবমখৈ হোৎনরম্মী। ইতিহাসিক ওইবা থৌদোক পরেং মথং মনাও কায়দনা ইথোক্লকবা, মতম মতমগী মতুংইন্না অহোংবা নাইবা রাজনিতিগী মতুংইন্না ঙমখৈ উৎপা মেপ চাওথোক্লা য়েক্লকবা, থবক কয়াসু পায়খৎলমই। তৌইগুম্বসুং মতমদুগী ওইবা সমাজ অমসুং অর্থনিতিগী ফীবম -- মীশিংনা করম্বা মওংদা য়ুম লিংলমই, মখোয়গী করম করম্বা মথৌ-থবক পাংথোকলম্মী, করি পোৎথোক পুথোকলম্মী, কবি মতেংনা করম্না পুথোকই, করম্বা মওংদা লল্লোন-ইতিক তৌনবমই অসিনচিংবা থিজিন্নবা পংকন কন্না হোৎনবমদে। হৌজিক্তি মযাই ওইবা ৱাহংশিং অসিদা পুক্লিং য়াম্না চংনরে; অমেরিকাগী পণ্ডিতনা অমা তৌরিঙৈদা ভারতকী পণ্ডিতনা থবক ময়াম অমা তৌবা উই। মহাভারত অসিমক সমাজগী, য়ুম্বানবগী অমদি অতৈ হীরম কয়াগী পুকৈনি; অদুগা অতৈ লাইবিক কয়ামকম অমসু লৈবি কান্নবা ৱানা থন্না য়াওরবা। তৌইগুম্বসুং তোপ-তোপ্পা হীরমগী ৱাখলগা লোয়ননা লাইরিকশিং অসি য়াম্না কুপ্পা যেংশিনবা তাবনি। মরিশুবা খৃষ্টাব্দদা লৈবম্বা মমল নায়দবা লাইরিক অদুদি কৌটিল্যগী অর্থশাস্ত্রনি; রাজনিতি, সমাজনিতি, অর্থনিতি, মৌর্য্য সমাজগী লাম্মী শিল্লাংবগী অকুপ্পা মরোন, লাইরিক অসিদা ইরি। বৌদ্ধ মতমগী মমাংদা ভাবত্তা ওইরম্বা হীরম কয়ানা, ঐখোয়গী ৱাখলবু চিংশিল্লম্বা, থায়নগী ওইরবা কুইরবা হীরম কয়া যটকাগী অপুনবা ৱাবিদা য়াওবি। অদুগা হায়রিবা যটকাগী ৱারিশিং অসিদি বৌদ্ধগী মতুংদা, মওং অমা তারকপনি। বুদ্ধগী হৌখিবা মপোক কয়াগী শাইওন, লাইরিক অসিদা ইরমই হায়না লৌনৈ; বুদ্ধগী মরমদা ইবা সাহিত্যগী মনুংদা যটকা অসিনা মরুওইবা লাইবিক অমনি। ৱাবিশিং অসি য়ামনা কুইখ্রবনি, বুদ্ধ পোক্লিঙৈ মতমগীনি, মতম অদুদা ওইরম্বা পুন্সিগী কান্নববা মতাং লাইবিক অসিদা ইরি। খ্বাইদগী কুইরবা, খ্বাইদগী হেন্না মপুং ফারবা, অমসুং খ্বাইদগী কান্নববা লম লমগী চৎনরোল শুনা লাইরিক অসিদা য়াওবি হায়না প্রোফেসার রহাস ডেভিডনা হায়রম্মী। নোংচুপ এশিয়া অমদি ইউবোপ য়ৌনা মমিং চৎলবা শা-ঙা অমদি অতৈ মরমদা ইবা শরুক কয়ামরুম পুনশিন্দুনা তুংদা ফোংবা অদুসু যটকাদা য়াওবা উই।

ভারত্তা লৈবা মরুওইবা জাত্তি অনি — দ্রাবিদিয়ান অমসুং আর্য্য অমতা ওইনা ইকোন কোন্না পুনশিনখিবা মতম অদু যটকাদা য়াওরি। তোঙান তোঙানবা চোয়জায়নবা সমাজগী অবস্থা, লাইরিকশিং অসিনা উৎলি; ভারত্তা লৈবা জাত্তিবু কাংলুপ কয়ামরুম থোক্লা খায়দোক্লবা হোৎনবা অদু সমাজ অদুনা হিংবা য়াবা মওংদা থিংনবা হোৎনরম্মী; মতম অদুদা লৈবম্বা জাৎকী মতুংইন্না তোঙান তোঙান শেমগৎ-শাগৎপগী মরমদা লাইরিকশিং অদুদা কবিমতা ইদে। পুবোহিত হায়বদি ব্রাহ্মনগী চৎনরোল অমসুং ক্ষেত্রিশিংগী হায়বদি লৈবাক ঙাকপা নিংথৌশিংগী চৎনরোলগী মায়োক্তা ময়ামগী হায়বদি প্রজাগী ওইবা চৎনরোলগী মতাংদা শৌগত্তুনা ই হায়না যটকাবু হায়বা য়াই।

লৈবাক কয়া, নিংথৌ কয়াগী, চহি মতম, মতমগা কোন্নবা থৌদোকশিং, মীরোন অমদি মপা-মপুগী মরমসু মসিদা ইরি। অহানবদা মীখলনা হাপলম্বা নিংথৌশিংগী খুবম মচানিপা অহন অহন্না নিংথৌ ওইগদবনি হায়বা নিয়মগী মতুং ইন্না, মখোয়গী স্বত ওইরকই। অসুম্না ফংবা স্বত অসি নিপীদদি ফংহন্দে, অদুম্মদি ওইরগা ওন্নতৈনবা নিয়ম লৈরমদবদি নত্তে। চীনাদদি খুদোংথীবা পুম্নমক্কী নিংথৌনা দায়ি পুই; অদুগুম্না অরানবা লম্বীদা চথনরকপগী মরানদি নিংথৌগী মথক্তা তারমই। মন্ত্রিশিংগী সভা অমা লৈরমই; মতাং খরদি লৈবাক্কী ওইনা লৈবা এসেমব্লিদা থাংজিল্লি। অদুম ওইনমক নিংথিনা শেমলবা আইনগী মতুংইন্না, থবক তৌবা তারবসু, নিংথৌদি মনিং মখা তমই। অচৌবা পুরোহিৎতি (রাজপুরোহিত্তি) পাওতাক পীবা

মীওই (ব্যবস্থাকারি) অমা ওইনা নিংথৌগী কোর্টতা মফম চাওনা নাইরমই, ধর্ম্মগা মরী লৈনবা থৌদোক্কী মহাক্না মকোক ওইরম্মী। কা-হেন্না তমথীবা, অচুম্বা চত্তবা, নিংথৌগী মায়োক্তা প্রজাশিংনা লানহৌবা, অদুগুম্বা নিংথৌবু মাগী মরান মতুংইন্না করিগুম্বা মতমদা অঙাং ওলহনবগী মরমদু লাইরিক অদুদা ইরি।

খুঙ্গং খুঞ্জাগী সভাদি মনিং তমলমই। মকওইবা খাজনা কারকফমদি খুঙ্গংগী লমনি। লমগী খাজনাদি, নিংথৌনা ফংফম থোকপা শরুকনি হায়না খন্নরমই; মতম পুম্নমক নত্তনা, করি করিগুম্বদা মঁহে-মরোং ওইনা পীরমই। অথোকপা পোথোক্কী শরুক তকক্কী অমরোম খাজনা ওইনা পীরমই। মক ওইনা লৌশিং উবদা য়ামনা চাওখৎলমই, মনিং তম্না ঙাকচবা খুঙ্গংগী প্রজাশিংনা রাজনিতি অমদি অর্থনিতিগী মরুওইবা শেমগৎ-শাগৎ-মচাকনি। হে-লৈ ইনশাং মনা মশীং থাবা, শা ষণ লোইবা, শঙ্গোম্না শেম্বা পোথোক শাবা - অসিনচিংবা থবক্তি পাক্ল-শন্না চাওখৎলম্মী। লৈকোল, শান্নফম, ময়ামগী ওইরম্মী; হৈ-লৈ লুনা তৌরম্মী মমল কানা। মমিং ইবা লৈগী লিষ্ট ওঙ্খোক্না শাংলম্মী; হৈনৌ, হৈবোং, অকুরা, লফোই অমসুং খজুরনা মরুওইবা খাইনা পাম্নবা উহৈনি। থাঙ্গৈশেংবমক সহরদা ইনশাং-মনা মশীং য়োনবা, উহৈ য়োনবা লৈ-শু য়োনবা দুকান য়াম্না লৈরমই। হৌজিক্কী মতৌগুম্না, মতম'দুদা ভারত্তা লৈবা মীপুম খুদিংনা লৈ-পরেং য়াম্না পাম্নবমই।

চাং নাইনা তৌবা মরুওইবা থবক্তি শাতানবনি; মসিনা মখোয়গী চিঞ্জাক্লি। শা চাবা চৎনরমই; উচেক-ৱায়া ঙা, শাগী মনুং চল্লমই; শঙ্জিগী শা খাইদগী পাম্নরমই। পাৎ অমসুং শা-হাৎফম শং য়াম্না লৈরমই। অদুম ওইনমক চেং, গেহু, চানা অমসুং মঁহৈমরোং মরুওইবা চিঞ্জাকনি। চুদগী চিনি শুংলম্মী। হৌজিক মতমদা তৌবগুম্না, শঙ্গোম, শঙ্গোমনা শাবা মখল কয়াগী অথুম-অহাও মতম'দুদা য়াম্না পাম্নরমই। য়ু য়োনবা দুকান য়াম্না লৈরমই; চাক, উহৈ-ৱাহৈ, চুদগীঙাক ওইনা য়ু শুংলম্মী।

মমল য়াম্বা নুং, অতৈ ধাতু, খোংদগী ফুক্লরমই। স্না, লুপা, কোরি, য়োৎ, মিশি, টিন, পিগ্রাই, ধাতুশিংগী মনুংদা পনবা য়াই। হিরা, রবি, কোরেন, মুক্তা, মমল লৈবা নুং শিংগী মনুংদা অথোইবনি। স্না, লুপা অমসুং কোরিগী শেল পাম্নরমই। লল্লোনবগীদমক মী পুনশিন পুনশিন্দুনা মরুপ শেমলমই। শেন্দোই লৌদুনা শেল পুথোকনৈ।

মুগা, শামতু, লশিং-ফি, অথাবা ফি, কম্বল, দরি খুৎনা শাবা ফিগী মনুংদা অথোইবনি। লং নাইবা, ফি-শাবা, মচু-শংবগী থবক চাওখৎলমই; খুৎ-শা হৈবগী থবক পাক-চাওনা শন্দোকই। ধাতুগী পোৎ শাবা কাংবুনা লানগী খুৎশু-খুৎলায় শাই। য়ুম-কৈ শাবদা নুং, উ অমসুং চেক শীজিন্নরমই। উ-শুর্বশিংনা মখল মখা অয়াম্বা উগী পোথোক, গাড়ি (ষয়া চিংবা মীনা চিংবা) রথশিং, জহাজ, কাংথোল, চৌকি, বেঞ্চ, শেন হাপ্পবা অকনবা উপু, শান্নপোৎ কয়া শাই। লি-শুবা কাংবুনা ফক, থুম্মোক, হুমাই, অমসুং নুংশা খন্নবা পোৎ শাই। খুঙ্গং খুদিংদা চফু শাই। লৈ-মখল কয়াদগী, চা-চন্দনদগী, মনম নুংশিবা পোৎ, থাও অমদি অকে অমৌগী পোৎ শাই; চা-চন্দন মকুপ (পাওডব) শাই। মখল মখা অয়াম্বা হিদাক লাংথক তৈনবা- থক্লবা শাই-শুংই; হিদাক তৈশিন্দুনা অশিবা (মশা) হুকচাং পুমথদনা থমই।

হায়খ্রিবা খুৎশা হৈবা অমদি কলাকারশিং অসিদ নত্তনা অতৈ অতোপ্পা, থবক্না, মথৌ ওইবা, কাংবু কয়াসু লৈ :— ওঝা, মাইবা, ডাক্তর (থাং থাবা), সদাগর, লল্লোনবা, ঈশৈ শকপা, পাঞ্জি, উহৈ-ৱাহৈ, মনা মশিং য়োনবা, লিলা য়াওবা, জগোই শাবা-শাবী, কোইচৎ চৎপা মিত্রং ৱালা, সর্কাস ৱালা, লাইফদিবী জগোই উৎপা কাংবু, য়ুমথোং খুদিং চত্তুনা পোৎ য়োনবা কাংবু।

মীনায়-ফুঙ্গা পানবা মতম'মা ফন্না চৎনৈ, তৌইগুম্বসুং লৌউ-শিংউবা থবক্তি শেন পীদুনা নেকপা, থবক শুবা কাংবুনা তৌই। শোক্ল-পন্নবা য়াদবা কাংবু অমসু লৈবমই — মখোয়বু চণ্ডাল হায়না কৌরমই; অশিবা হুকচাং পোৎলোইবনা মখোয়গী মরুওইবা মশিঞ্জাং ওইরমই।

লল্লোনবা মরুপ, খুৎশা-হৈবা মরুপশিংনা অফবা ওইনা লৌরমই। ফিক্লা হায়, "মরমচানা শেল শীজিন্নবা, অফবা থবক্তা শেল থাদবা, মরী লৈনহনবগী খুদোং চাহনবা, মখোয়গী সম্প্রদায়গীদমক আইনবু ঙাক্লা চৎপগীদমক্তা মমাংঙৈদা

ভাবতকী চৎনবী মতুং ইন্না চৎলম্না লল্লোনবা মকপ অদুবু ফীদম্নফম অমা ওইনা চিংথোকনিঙাইনি।" কলাকাব অমদি খুৎ-শা হৈবা মকপ তবানিপাল লৈরমই হায়না যটকাদা হায়বি; অদুবু মখোয়না মরিদংগী মমিং পল্লম্মী ঃ উ-শুবা অমসুং নুং-চেক শুবা, য়োৎ শুবা, শউন শুবা অমসুং লাইয়েকপা।

মহাকাব্যশিংদসু লল্লোনবা অমসুং খুৎ-শা হৈবা কাংবুবু পন্দুনা ইবি। মহাভাবত্তা হায়বি ঃ "অপুনবা মরুপকী ঙাক-শেনবদি অমতা ওইবা একতানি"। অসুম্নসু ইবি ঃ "লল্লোনবা-মরুপশিংদি মশানা মশাগী অথবিটি ওই অসিগুম্বা মকপশিংগা চান্নবোইদবা আইন্দি, নিংথৌ ফাওবনা শেমবা য়াবমদে; অসিগুম্বা মকপকী মকোক ওইবা মীদি, নিংথৌশিংনা লৈবাক্কী মখোয়গী ওইবা অকবা হীরমদা তাথোক-তাশিন তৌনবা মখোয়গী পুবোহিতশিংগী হেক ঙমথংদা লৈ" (vide Prof & washburn Hopkins in Cambridge History of India Vol I page 269)। লল্লোনবশিংগী মকোক, শ্রেচ্ছি (হৌজিক্কী শেঠ) য়াম্না চাওবা মকোক ওইবা মী ওইবমই।

থোয়দোক্লা তোপ তোপ্পা মখলগী চাওখৎপা মওং অমা, যটকাদা ইবিবা অদুদগী খংবা ঙমই। তোপ তোপ্পা মখলগী খুৎ-শা হৈবা মী কাংলুপশিংগীদমক তোঙান্না খুল ওইনা নত্রগা পুন্না তানবা খুজিন থৌবাং লৈ। উ নুং শুবা মী মখৈতনা লৈবা খুল অমদা, অসুম্না ইবি, য়ুম ১,০০০ লৈ, অসুম্না য়োৎ শুবা মী মখৈতগীসু অদুমঙাই। অসিগুম্বা তোপ-তোপ্পা খুনশিং অসি, মহৌশানা মখোযগী পোখোকপু য়োম্বোকপা য়াবা, মনাক নকপা সহবগী মনাক্তা লৈ; মখোয়না হিংদুনা লৈবদা চংবা পোৎচংবু সহব অদুনা ব্রাওনা হুল্লি। অসিগুম্না খুঙ্গাশিংনা অমগা অমগা মতেং পাংনৈ; পোৎশিং য়াম্না শাদুনা, পীনবা অমদি শিংনবা হুকুম মখোয়না লৌহৌই। অসুম্না তোঙান তোঙানবা খুন্দাবসিনা জাৎ কাংলুপ খায়ববু থোকহল্লি। ব্রহ্মনশিং অমদি লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংনা উৎপা ফীভম অদু খুৎশা হৈবা মকপ অমদি লল্লোনবা মকপশিংনা ফীদম্নফম ওইনা লৌনৈ।

লম কোযবশিংনা লৈনবা য়ুমশিং, মতম মতমগী লিংবা অনা লাইয়েংশংশিংনা মবক মবক্তা লৈবা, লমজাও শোবোক্লা, অব্রাং-ভাবত্তা শিনবা থুংনা লৈ, দেশ অসিগী অবাপ অবাপ্পা লমবু অমগা অমগা শম্নহল্লি। লৈবাক অসিদতা লল্লোন ইতিক্কী থবক চাওখৎপদা নত্তনা, ভাবত অমসুং মপানগী লমশিংগা অনিগী মবক্তসু চাওখৎলম্মী। ভাবতকী লুচিংবা মকোক্লা উৎলমই মদুদি খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৫ ব্রাংলৈঙদো ভাবতমচা লল্লোনবশিংনা পুন্না লৈমিন্নবা ইজিপ্তা লৈবা মেম্ফীস কৌবা জগাদা ভাবত ললোনবশিংগী লৈফম লৈবমই। সমুদ্র ব্রাংমা তান্না লল্লোনবা তাববদি জহাজ দরকাব ওই; ভাবতকী তুবেলশিংদা অমদি সমুদ্রগী ব্রাংমা তান্না লল্লোনবা তাববদি জহাজ দবকাব ওই; ভাবতকী তুবেলশিংদা অমদি সমুদ্রগী লম্বীদা হঙৎ হন্দা চৎনবা ভাবত্তা জহাজ শাবমই। মীবৈবাক্তগী লাপ্পা লাকপা লল্লোনবশিংনা জহাজ-ভাড়া পীবগী মরমদা মহাকাব্যশিংদা পল্লি।

সদাগব লল্লোনবশিংগী ঈশিং খোংচৎকী মতাং, মপুংফানা যটাকাদা পল্লি। লৈকংলা লান্না নোংচুপ্তা ব্রোচকী সমুদ্র মপান তান্না চৎনবা, অব্রাংদা গন্ধবা অমসুং মধ্য এশিয়া তান্না চৎনবা, লৈবাক শিনবা থুংনা লৈবাক অসিগী উট লৈবম্মী। ব্রোচতগী পার্শিয়ান ইথৎ (গলফ), লোমদা বেবিলোন তান্না জহাজ কয়া চৎলম্মী। তুবেনগী মবিন মতুং ইন্না চৎপা যাবা লম্বী কয়ামকম লৈবমই; যটকাদা ইবিবদুগী মতুংইন্না বিনাবস, পাটনা, চম্পা (জবলপুব) অমসুং অতৈ মফমদগী সমুদ্র তান্না জহাজ চৎনবমই, সমুদ্র তাবগা খাদা লৈবা বন্দবশিং, সিংহল অমসুং মালয় তান্না চৎনবমই। মাইকৈদা, কাবেবি তুবেন মপান্দা লৈবা, কাবেবিপটিনম বন্দবগী চাওখৎপগী মবমদা লিববা তামিল শৈবেংনা ঐখোয়দা হায়বম্মী, কাবেবিপৎটিনম পৃথিবীগী ময়াই থোকপা লল্লোনফমনি। যটকাদা হায়বিবা অদুগী মতুং ইন্নদি জহাজশিং অদু মতিক চানা চাওবম্না তাই। অসুম্না হায়, "সদাগব লল্লোনবা, মীবৈবাক্তা লংফৈ চৎপা, মী চামা চামা জহাজ অমতদা তোংলকই"।

অসুম্না হায়বি মিলিন্দাদা (খৃষ্টাব্দ অহানবা হৌবকপদা মিলিন্দা কৌবা গ্রীক্কী বেক্তেরিয়ানা অব্রাং ভাবতকী নিংথৌ ওইবম্মী; মহাক চপ-চানা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলম্মী। মাগী মবমদা ইবা লাইবিক অদু মাগী মমিং লৌদুনা ইনাক খুনবা, জহাজ

লোয়বা মীনা, অথাপ্পা সমুদ্রগী লমদম কয়াদা চৎপা ঙমলম্মী; ভাঙ্গা নত্রগা টাক্কোনাদা, নত্রগা চীনা নত্রগা সোভিরা, নত্রগা সুরাট নত্রগা আলেকজেন্দ্রিয়াদা, নত্রগা কোরোমণ্ডেল সমুদ্র মপানদা, নত্রগা অরাপ্পা ভারত্তা, নত্রগা জহাজ ময়াম উন্নবা য়াবা মফমদা, মহাক্না চৎপা ঙমলম্মী।" (Quoted by Mrs. C.A.F. Rhys Davids in Cambridge History of India, Vol. I page 212)।

ভারত্তগী মপান্দা থাদোকখিবা পোৎশিংগী মনুংদা মরুওইবা পোত্তি, মুকা, মশলিন, অপাবা মখলগী ফী, থাং-তেন খুৎশু-খুৎলায়, স্না-লুপানা তোংখৎনা ময়েক থোকপা ফী, মপান ফজনা লোনবা (ফীজিন চনবা) ফী অপাবা-অথাবা, মনম-নুংশিবা থাও অমসুং হিদাক-লাংথক, শামু ময়া অমসুং শামু ময়ানা শাবা, পোৎ-চৈ, লিক-কোন অমসুং স্না-লুপা। মসিনা লল্লোনবা সদাগরনা লল্লোনবা মরু ওইবা পোৎ চৈনি। (Rhep Davids, Bhudist, p. 98)।

ভারত হায়বদি অৱাং ভার, লানগী খুৎশু খুৎলায়গীদমক, মরু ওইনা ভারত্তা থোকপা ইস্পাৎ, ভারত্তা শাবা থাংশাং, মিট (থিন্ন-থাং) গীদমক্তা ভারত হায়বদি অৱাং ভারত মমিং চৎলম্মী। খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি মঙা ৱাৎলিঁঙৈদা ভারতকী অচৌবা লাম্নী তেঙ্গোন অমা, শগোল তোংবা, খোংমী লাম্নী য়াওনা পার্শিয়াগী লাম্নীগা লোয়ননা গ্রীক্তা চৎলম্মী। আলেকজেণ্ডরনা পার্শিয়াদা লান্দারকপা মতমদা, থাংশাং অমসুং খুৎশু-খুৎলায় কয়া, পার্শিয়াদা লৈবা মীনা ভারত্তা চেল্লকলম্মী হায়না ফিৰ্ডৌসিনা ইবা শাহনামা কৌবা, ফাওনা মমিং চৎলবা, পার্শিয়াগী কাব্য শৈরেংদা ইরি। ইস্লাম ধর্ম্ম চৎত্রিঁঙৈদা লৈরম্বা কুইরবা অর্বিক ৱাহৈদা, থাংশাংবু 'মুহন্নাড' হায় মদুগী অর্থদি "হিন্দগী" নত্রগা "ভারতকী" হায়বনি। হৌজিক ফাওবা ৱাহৈ অসি চৎনরি।

য়োৎ-শুবা থায়নগী ভারত অসি য়াম্না চাওখৎপা মাল্লি। দিল্লিদা মশীং লাকঙমদনা য়োৎ-য়ুম্বী লৈ; কোহ্লিং কাহন্দনা, অইং-অশানা করিমতা তৌহন্দনা থারঙ্গী নিয়ম অদু খংবা (পুথোকপা) ঙমহন্দনা হৌজিক মতমগী বিজ্ঞানিকশিংবু চম্মনহল্লি। মরিশুবা খৃষ্টাব্দগী তরেৎশুবা খৃষ্টাব্দ ফাওবদা চৎনরম্বা গুপ্তগী ময়েক্লা য়োৎ-য়ুম্বীসিদা হক্তুনা ইরি। হকলিবা অসি কায়নথংগী ওইবনা ময়েক্তগী য়োৎ-য়ুম্বীসিনা কুইবা হেল্লি হায়না পণ্ডিত কয়ানা হায়।

সিপাহিগী ওইবা ৱাখলদগী য়েংলুরবদি, খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি মরি ৱাৎলিঁঙৈদা, আলেকজেণ্ডরনা, ভারত্তা, লান্দারকপা অসি করিসু লৈতবনি। চুম্না ঙমখৈ লমদা লুট তৌবনি, মশামক্কী ওইনা মাইপাক্লা লৈবাক জয় তৌবা নত্তে। ঙমখৈদা লৈবা লুচিংবা নিপা অমনা, মখৌনা ফনা মায়োক্লদুনা, থিংবদু মহাক্না থেংনবদা, ভারতকী ময়োন তম্না চংশিনগে হায়না, মহাক্না খল্লম্বদু নিংহন্নখি। ঙমখৈদা লৈবা লৈবাক ঙাকপা নিপা অমনা অসুম্না মায়োক য়াবা ঙমলবদা খা মাইকৈদা লৈবা খুৎকন পাঙ্‌হলবা অচৌবা লৈবাক্কী নিংথৌশিংগা মায়োক্লরল্লবদি করি থোক্লমগনি। মহাক্কী লাম্নী তেঙ্গোলনা চংশিনসি হায়বা য়াদদুনা হন্দোক্লবা তকশিনখিবদু, মসিনা মরুওইবা মরম ওইবা য়াই।

আলেকজেণ্ডরনা হনখ্রবা অমদি শিখ্রবা তুংদা, সেল্যুকাসনা অমুরক হন্না লান্দাগে হোৎনবকপা মতমদা, ভারত লাম্নীগী মপাঙ্গল মগুণ চপ-চানা থুনা খংবা ঙল্লমই। সেল্যুকাসপু চন্দ্রগুপ্তনা মাইথিবা পীদুনা তাম্থোকখি। মতমদুগী ভারত তেঙ্গোলগী খুদোংচাবা অমা লৈরমই অসিগুম্বা খুদোংচাববু অঁতৈ লমগী লাম্নী তেঙ্গোলদা য়াওদে; মদু হৌজিক মতমদা হায়রগা টেঙ্ককা চাংদম্নবা য়ারবা নিংথিনা, লানগী লাল্লোং তম্বীরবা শামু ময়ামনি। খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৩০২, ৱাৎলিঁঙৈদা এশিয়া মাইনারদা এন্টিগোনসকী মায়োক্তা লান্দানবগীদমক ভারত্তগী সেল্যুকাস নিকেটরনা লানগী শামু ৫০০ খক লৌখি; লানগী ইতিহাস ইবশিংনা হায়, লানফম অদুদা শামুশিং অদুনা লান ঙম্বা ঙমদবগী মরুওইবা পাম্বৈ ওইরমই; শামুশিংদুগী মপান্না এন্টিগোন্স হাত্তুনা লান অদু লোয়শিনখি, মহাক্কী মচা নিপা ডেমোট্রিয়সনা চেনখি।

শামুশিংবু শিকার তম্বীনবা অমদি শগোল য়োকনবা মরম ইবা লাইরিক কয়ামরুম লৈরমই; লাইরিক খুদিংবু শাস্ত্র কৌরমই। খুৎই লাইরিক অমদি ধর্ম্মগী মরমদা ইবা লাইরিকতগী ৱাহৈ অসি থোরকপনি; অঙ্কগা জগোয়গা খেৎনবগুম খেৎনহন্দনা হায়রিবা লাইরিক অসি অচুম-অরান য়েংদবা জ্ঞান অমসুং বিজ্ঞানগী হিরম খুদিংদা পানশিন্নরমই। চুম্না হায়রবদা ধর্ম্ম অমদি অঁতৈ অরুবা জ্ঞান অনিগী মরক্তা য়াম্না চেকশিন্না অনি তোখাই তাহন্নবা করিগুম্বা লৈই অমফাওবা চিংলমদে। মখোয়সি খন্না মখৈদি ইমান মায়ে; হিংবদা কান্নগদৌবা মানবা পোৎ খুদিং থিজিনবা য়াবা ঙাকনি।

খ্বাইদগী কুইরবা মতম ফাওবগী মবমদা ভারত্তা ইনবমই। নিওলিথিক মতমদা (অনৌবা নুং-যুগকী মতমদা) লৈরম্বা কুইরবা চফু-পাত্রদা হক্তুনা ইবিবদু ব্রহ্মনী ময়েক ঙাক্লি। মোহেঞ্জোদাবোদা হক্তুনা ইবম্বা ময়েকশিংদু ফনা কল্লা হোৎনরবফাওবদা ময়েক মশক খংবা ঙমনদ্রি। ভাবত শিনবা থুংনা লৈবমদুনা ফংইবা ব্রাহ্মণী ময়েকশিং অসি দেবনাগবি অমসুং ভাব্তা চৎনবিবা অতৈ ময়েকশিংগী হৌবকফম য়ুম্ফম ময়েক্লি। আশোক্লা ইবম্বা অয়াম্বা ময়েক ব্রাহ্মণী ময়েক্লি; অদুগা অৱাং নোংচুপ্তা চৎনবম্বা ময়েক্লা খাবোষ্টি ময়েক্লি।

খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি তকক-তবেৎ ৱাৎলিঁগৈদা পাণিণিনা সংস্কৃত লোনগী চাওববা গ্রামার ইরম্‌ই। (কাইথ অমদি অতৈ কনাগুম্বনা, পাণিনিগী মতমসি খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি চহুম ৱাৎলিঁগৈদনি হায়; অদুগা অতৈ অফাওবা, মখোয়না হায়বতনা অচুম্বনি খল্লবা, মীওইশিংনা য়াম্না শেংনা হায়বম্বদি পাণিণিনা লৈবম্বা, ইবম্বা, মতমসি বৌদ্ধগী মতম মমাংদনি)। মতম কুইথ্রবা গ্রামাব কয়াবু পাণিণিনা পন্দুনা হায়, মহাক্কী মতমদা সংস্কৃত অসি তক তশেংনা মপাঙ্গল কল্লমই, মতম'দুদা ইবম্বা সাহিত্যগী লোন ওইবম্মী। পাণিণিনা ইবম্বা লাইবিক্তি সাধাবণ গ্রামাব'মদগী ফবা হেল্লি। লৈনিনগ্রেডতা লৈরম্বা সোভিয়েৎকী প্রোফেসার, Th Stcherbatsky না হায়বম্বদি লাইবিক অদু মীওইবগী ৱাখলদগী থোকপা খ্বাইদগী চাওববা লাইবিকশিংগী মবক্তা অমনি। পাণিণিগী মতুংদা লাকপা গ্রামাব-ইবশিংনা (পাণিণিগী গ্রামাবদা) খবা হাপ্তোক হাপচিন তৌববসু, লোয়ননা গ্রামাব অদুবু মওং অমদা লৌববসু সংস্কৃত গ্রামাবগী লেংদ্রবা অথোবিটিদি হৌজিক ফাওবদা পাণিণিনা ওইবি। গ্রীক্কী ময়েকপু পাণিণিনা পল্লমই হায়বসি উবদা পুক্লিংদা নুংঙাইবা পোকই। আলেকজেণ্ডবনা নোংপোক হাবমদা খোংদাম্রিঁগৈ আ মমাংদা ভাবতকা গ্রীক্কা ওক্নোকপা মওংদা মবী লৈনবমই হায়বসি মসিনা উৎলি।

নুমিৎ, থা, থৱান্মিচাক অমসুং অতৈ গ্রহশিংগী মবমদা কুপ্পা থিজিল্লমই, অসুম্না থিজিনবগী থবক্লা জোতিষকা পুনশিনমিন্নখি। হিদাক লাংথক্কী মবমদা ইবা লাইরিক কয়ামকম লৈবমই, অনালায়েংশংসু লিংলম্মী। হিদাক লাংথক্কী, ভাবত-বিজ্ঞানগী, ৱাবি-লাইবিক্তা য়াওবিবা হৌদোকখিবা নিপাদি ধন্বন্তবিনি। অদুবু খৃষ্টনা পোকপগী অহানবা চহিদা খ্বাইদগী ফববা থাযনগী তম্ন-লাইবিকশিং ইখি। লাইবিকশিং অসিগী মনুংদা, হিদাক-লাংথক্কী মবমদা চবক্লা অদুগা থাং-থাবগী মবমদা সশ্রুটানা ইখি। অৱাং নোংচুপ্তা কোনুং শাদুনা পাল্লম্বা কনিস্কগী হি কোর্টতা চবক্লা নিংথৌগী মাইবা ওইনা যাওবমই হাযনা নিংনবি। তম্ন-লাইবিক কযাদা মমিং য়াম্না যাওবি, লায়না মশক খংনবা অমদি লাইয়েং নিয়ম কয়া'মসু যাওবি। থাং থাবা, অঙাং পোকপদা থাং থাবা নত্রগা হিদাক তৌবা, ইকজবা, চিঞ্জাক, হকচাং ফনবা নিয়ম, অঙাং পীজনবা, হিদাক-লাংথক্কী মবমদা লাইবিক অসিদা ইবি। লাইয়েং চাং-যেংবগী মবমদা থীজিল্লি; থাং-থাবা তন্নীবা মতাংদা অশিবা হকচাংবু লেনখাযদুনা অভ্যাস তৌহল্লম্মী। খোং-খুৎ লেনখায়দুনা লাইয়েংবা, পুক্কি শকক্তা থাং থাবা, মফম অমততদা থাং-থাবা, মফম কয়া থোক্লা থাং-থাবা, মিৎ-ঙৌদোং কোৎথোকপা – অসিনচিংবা মখলগী থাং-থাবা অমদি মখল মখা অয়াম্বা থাং-থাবদা চংগনবা খুৎশু-খুৎলায কয়া'মগী মবমদা সুশ্রেটনা ইদুনা পল্লি। অশোকপা মফমদা মৈ থাদুনা মহিক-মনাই হাত্তোকই লাইজৌহন্দে। খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি অহুম মবি ৱাৎলিঁগৈদা শা-ষণগী অনা-লাইয়েংশং লিংখৎলম্মী। জৈন ধর্ম্ম অমসুং বৌদ্ধ ধর্ম্মনা অহিংসাগী মবমদা কনম্লা হাযবনা ধর্ম্ম অনিসিগী মপান্না অনা লাইযেংশং অসি লিংখৎখিবনি।

গনিতকী (অঙ্কগী) মবমদা আইনগী ভাবতবাসিশিংনা অনৌবা নিয়ম কয়ামকম পুথোক্তুনা গবিতকী অনৌবা যুগ অমা হৌদোকলমই; মরুওইনা শুন্যগী খুদম, ডেশিমেল শীজিন্নবগী নিযম, খায়দোকপা-খুদম, মশীং খংদবা শকক খংননবা (পুথোক্লবা) ৱাহৈ-ময়েক্লা অলজাব্রাদা নিযম, শীজিন্নবা মখোযনা পুথোকখি। পুথোকপা অমদি শীজিন্নবগী মতমনা ফাক য়াম্না লৈবনা অককনবা পুথোকখিবগী মতম লেপ্পদা লুনা থোকই। মতম য়াম্না কুইববগী মমাংদা অঙ্ক, অলজাব্রা, জ্যামিত্রি শীজিন্নবা হৌখি হাযবা মথৈদি শেংলবনি। ঋগ বেদগী মতমদা ভাবত্তা অমদগী তবা ফাওবনা মশীং থীবগী অহৌবা ওইনা শেমখ্রবনি। মতম অমসুং মশীংগী মবমদা থায়নগী ভাবতবাসিশিংনা খল্লম্বসিসু অঙকপনি। মশীংগী কাখল য়াম্না য়াম্বা অমদি মশীংগী পবেং য়াম্না শাংলবা মশীংগী মমিং মখোযনা শেমলমই। গ্রীক, বোম, পার্শিয়া অমসুং আববকীদি লিশিংগী মথক্তা হায়বদি য়াম্না চাওবা মশীং ($১০^৪ = ১০,০০০$) গী মথক্তা লৈবা মশীং মচেৎ-মকায়গী হৌবকফম লৈতে। অদুগা

ভারতকীদি খ্বাইগা ইমান মান্নদনা মচেৎ-মকাই তরানিপান (১০$^{১৮}$) ফাওবা চৎনরম্মী; মসিদগী হেন্না শাংবা চাওবা মশীং শম্না শীজিন্নবগী নিয়ম লৈরমই। বুদ্ধনা অঙাং ওইরিঙৈগী ৱারিদা অপীকপা মশীং-শরুক অমনা ১০$^{৫০}$ ফাওবা শীজিন্নবা হায়না হায়।

মতম ওন্নবা চৈজিংগী অরোইবা মতোন্দা মতমগী অপীকপা মিনিটকী শরুক ফাওবা য়াওই; মদুগী মনুংদা খ্বাইদগী পীকপা শরুক্তা চাওরাক্লা সেকেণ্ডগী শরুক তরেৎ থোকপগী অমনি; লমওন চৈজিংগী খ্বাইদগী পীকথরকপা শরুক্তা চাওরাক্লা ইঞ্চিগী ১.৩৭ X ৭$^{-১০}$ ওই। অসুম্না খ্বাইদগী চাওবা, খ্বাইদগী পীকপা অসি চিংনবা লৈতনা ঠিওরি অমদি দর্শনগী মরমদা শীজিন্নরমই। থায়নগী অঁতে জাত্তিশিংগা ইমান মান্নদনা মমাংঙৈগী ভারতবাসিশিংগী মতম অমসুং মফমগী কুপ্পবা, পাক চাওনা খল্লবা, জ্ঞান লৈরমই। য়াম্না পাক-চাওনা মখোয়না খল্লরমই। ভারত্তা ইনরম্বা, লাই-ৱারিশিংদা ইরম্বা, চহি অসি কোটিনা খুজিং ওই। হৌজিক মতমদা পুথোক্লরিবা পৃথিবীগী লৈনুং-লৈরোন্নুংগী পোৎকী শাংলবা পুন্সি অমদি গ্রহ-থরানমিচাকশিংগী মরক্তা অমগা অমগা লৈনবিবা অরাপ্পা শরুকশিং অসি মতমদুগী ভারবাসিশিংগী মফমদা ঙকনিংঙাই ওইদে। হায়রিব'সিনা মরম ওইদুনা ডাবউইন অমদি অঁতৈনা পুথোকপা অনৌবা নিয়মনা ভারতবাসিশিংদা খল্লবদা অৱাবা, অঙকপা চিংনবা, করিমতা থোকহনবা ওমদে; অদুগা তরামাপল শুবা খৃষ্টাব্দগী চবুক চল্লকপদা মখোয়না নৌনা পুথোরকপা নিয়ম্না ইউরোপ অপুম্বদা ওল্লোক্লা লুনা থোকহল্লম্মী। ইউরোপ্তা লৈবা মমিং চৎলবা মীওইশিংনা শীজিন্নরমইবা, মতম-ওন্নবা চৈজিং অসি ফাওবা চহি লিশিং খরদগী ওইনা তৌই।

খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৪ ৱাৎলিঙৈদা অৱাং-ভারত্তা শীজিন্নরম্বা অশাংবা অমদি অরাম্বা ওন্নবগী মতাং অসি অর্থশাস্ত্রদা ইবা থেংনৈ। কৈথেন লৈবা, মফম মফমদা অরাম্বা ওন্নবা নুংবু তোয়না চেকশিন্না অচুম-চুমদ য়েংশিল্লমই।

মহাভারত রমায়নগী মতমদা উমং-ইউনিভর্সিটি মখল কয়ামরুম লৈরমই হায়বা ঐখোয়না তোয়না থেংনৈ; ইউনিভর্সিটিশিংসি সহর মচা নত্রগা অচৌবদগী পংলাপ লাপ্তে; মমিং চৎলবা পণ্ডিতশিংগী অকোয়বদা ছাত্রশিংনা কোয়শিল্লমই; লাইরিক লাইশু অঁতে অঁতে বিষয় কয়ামরুম, লাম্মী তম্বীবা ফাওবা য়াওনা তম্বীরমই। সহরদা লৈবা পুন্সিগী অকে-অমৌ য়াওদনবা ছাত্রশিংনা মরম ওক্লা, ইন্দ্রি খুদুম চন্না লৈবা ঙম্নবা উমংদা ইউনিভর্সিটি লৈহনবা মতিকচাবা প্রাগ অমা ওইনা লৈনরম্মী। উমং-লাইরিক তম্ফমশিং অসি পীক্তকপা কাংলুপ কয়ামরুম থোক্লা খাইদোক্লম্মী; মমিং চৎলবা ওঝাশিংগী মতিক মগুণনা ছাত্র য়াম্না চিংশিল্লমই।

বিনারসনা ময়াই থোকপা লাইরিক তম্ফমনি; বৌদ্ধগী মতমদা ফাওবা স্কুলশিং অসি মতম কুইরবা লাইরিক তম্ফম ওইনা লৈরমই। বুদ্ধনা মাগী পাওত্তাক শন্দোক্লমব'সি বিনারসকী মনাক্তা লৈবা ডিয়াক পার্কতনি। ভারতকী মফম শিনবা থুংনা কায়নথংদা, মতুংদা লৈরকইবা ইউনিভর্সিটিগুম মতমদুদা বিনারসতা লৈরম্বশিং অদু ওইরমদে। ওঝাগা ছাত্রশিংগা পুন্না পুন্না মরুপ কয়া থোক্লা লৈরমই; মত তিন্নদবা কাংলুপকী মরক্তা য়াম্ন শাথিনা মঁরে য়েৎনৈ ডিবেৎ তৌনরমই।

অৱাং নোংচুপ হারমদা হৌজিক লৈরিবা পেশ্বার মনাক্তা লৈবা তক্ষশিলা নত্রগা তক্সীলাদা মমাংঙৈগী অফাওবা বিশ্ববিদ্যলায় লৈরমই। বিজ্ঞান মরুওইনা হিদাক-লাংথক, অমসুং সাধারন আর্টসকীদমক বিশ্ববিদ্যালয় অসি মমিং চৎলমই; ভারতকী থাপ্প থাপ্পবা মফমদগী মীশিংনা লাক্লরমই। খুন্তা খুৎলায় পায়দনা, লোয়ননা কন্না য়াওদনা তক্সীলাদা লাইরিক তম্বা লাকপা অঙম অথৌ মচা অমসুং ব্রাহ্মণ মচাশিংগী মপুং ফারবা ৱারী থন্না যটকাদা য়াওরি। মফমনা খুদোংচাবনা মধ্য এশিয়া অমসুং আপগানিষ্ঠানদগীসু ছাত্রশিং লাকলম্মী। তক্সীলাগী গ্রেজুয়েৎ অমা ওইবদি মতমদুনা লেম্নরম্মী খ্বাইনা সম্মান তৌনরম্মী। মফম'সিদা ডাক্তর তম্বা লোয়্নদুনা ডাক্তরগী থবক তৌবা মীশিংবু খ্বাইনা য়াম্না পাম্নরমই; অসুম্না ৱারিনরমই মদুদি বুদ্ধনা মশা ঙমলক্তবা মতমদা মহাকপু লুনা তৌবশিংনা তক্সীলাদা গ্রেজুয়েৎ পাশ তৌখিবা অফাওবা ডাক্তরবু কৌরমই। খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৬/৭ ৱাৎলিঙৈদা অফাওবা গ্রামার ইবা ওইরম্বা পাণিনিবু মফমসিদা লাইরিক তমখিবনি হায়নৈ।

মরমসিদগী শেংনা খংই, তক্সীলা বৌদ্ধগী মমাংদা লৈরম্বা বিশ্ববিদ্যালয়নি ব্রাহ্মানিক্কী লাইরিক তম্ফমনি। বৌদ্ধগী মতমদা মসি বৌদ্ধ লাইরিকহৈবশিংগী মরুওইবা মফম ওইরম্মী; ভারতকী মফম পুম্বদগী অমদি ভারত ৱাংমদগী বৌদ্ধ ছাত্রশিং মফমসিদা লাইরিক তম্বা লাকলম্মী। মোর্য্য সম্রাজগী অৱাং-নোংচুপ হারমগী মকোক ওইবা লাইরিক তম্ফম

ওইবন্মী। আইন ইথোকপা ইহান হানবা নিপা মনুগী মত মতুং ইন্না আইন্দা নিপীশিংগী ফীবম য়াম্না ফৎলমদে। মখোয়দি মপা, মপুরোইবা নত্রগা মচানিপা হায়রিবা মীশিং অসিগী মতম পূম্বদা মখা পোন্না লৈ। আইনগী মতুং ইন্না মখোয় অসি থাংদোক-থাংজিন মফম অবেপ্পা লৈতবা পোংকা চাংদমনৈ। কাব্যশিংদা য়াওবিবা রাবি কয়ামকমগী মতুংইন্নদি হায়বিবা আইন অসি য়াম্না কন্না মখোয়দা পানশিনবা য়াদে; য়ুমদা অমদি সমাজ তিল্লকপদা খাইনা ইকায়খুম্নফম ওইবা থাক্তা মখোয়বু থমই। লিরবা আইন ইবা মনু মশামক্তা হায়, "নিপীশিংবু ইকাইখুম্নবা মফমদা ঈশ্বরসু লৈ।" অক্ষীলাদা অদুগা অঁতে মতমদা লৈবন্বা বিশ্ববিদ্যালয়দা নিপী-ছাত্রী য়াওবমই হায়বসিদি শুকহায়মক হায়রমদ্রে। অদুমনদী ওইবগা কবিগুম্বা মফমদদি নিপী খবদি ছাত্রগী থবক তৌবমই মবমদি পণ্ডিত ওইবী লাইবিক হৈবী নুপীগী মবমদা তত্তনা ইবম্বা য়াওই। কাইহুংদসু মমিংচৎলবা নিপী-পণ্ডিতশিং লৈবম্মী। মমাংঙৈগী ভাবত্তা তত্তনা চৎনব্মবা আইনগী মতুংইন্না নিপীশিংগী ফীবম ফৎলমদ্রবসু হৌজিক মতমগী অবস্থা মতুংইন্না য়েংলুববদি, থায়নগী গ্রীক অমসুং বোমদা, মমাংঙৈগী খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপা সমাজগী মাইকৈদা ময়াইচল্লকপা ইউবোপকী আইন মতুংইন্না চৎপদগী তবামাপনশুবা খৃষ্টাব্দ হৌবকপা মতম ফাওবদা হায়বদি চাংদম্নদুনা য়েংবদা হৌজিক মতমদা নিপীগী ফীবম য়াম্না হেন্না ফগৎলকলবনি।

মনুগী আইন অমুকহন্না শব্দোক্তা ইথোকপা কাংবুনা কাববাবদা শকক য়ামিন্নবগী মওং ইথোকলমই। মনুনা পুবোহিতশিংবু মকওইনা পল্লি; যজ্ঞভাক্ষ্যানা লল্লোনবা অমসুং লৌশিং উবগী মবম পল্লি। মমৈথংদা থোবকপা লাইবিক ইবা নবদনা হায়, "পুথোক্রবা শেছাংনা (শেল্লেপ্পা) মান্নবা, হেনবা, তাবা মতুংইন্না, কাববাব তৌমিন্নবদা মাংবা, খবচ তৌবা, তোংবা শেনফমদু শকক য়ামিন্নবিবা কাংবুনা য়েম্বোক্রবদা চপ মান্নবা চাংচত্তা মান্ননা, হেন্না নত্রগা রাৎনা য়েম্বোক্লগনি। দলিল পত্রদা ইনবিবা নিয়ম মতুং ইন্না পোৎথন্বা চাথোকখিবা, মাশুন খবচ, অমাংবা, পুথোক-পুশিন ভাডা, থম্বগী খবচ, পূম্নমক শকক যামিন্নবিবশিংনা পীমিন্নগদবনি।

মনুনা ই.।. ষ্টেট অমগী রাখলগী মমিদি অপীকপা লৈবাক অমা ওইনা লৌবা হৌবকই। অসিগুম্বা মশাগী রাখলগী মমি অসি হোংলকই, চাওথোবকই, খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৪ রাৎলিঙৈগী পাক চাওববা মৌর্য্য সম্রাজ ওইবকই লোয়ননা গ্রীক্কী পৃথিবীগা অমতা ওইনা তিনশিন্নদুনা পৃথিবী পূম্বা ওইবকই।

খৃষ্ট্রা পোক্কদবা চহি মবি রাৎলিঙৈদা ভাবত্তা লাকলম্বা গ্রীক্কী এম্বেসেডাব মেগাস্থিনিসনা —— ভাবত্তা মীনায় ফুঙ্গা নায় হাযবসি শুকযামক য়াবমদে। তৌইগুম্বসুং মতাং অসিদা মহাক্তা লাল্লি, মবমদি তশেংনমক য়ুমদা মীনাই থম্নবমই, মতম মতমগী ওইনা ইবম্বা ভাবতকী লাইবিকশিংদা মীনাই কয়ানা চাওখৎখিবগী মবমদা পল্লি। অদুম ওইনমক কাংবু নাইনা মীনায় লৈবমদে, থবক শুহন্নবগীদমক মীনায় কাংবু কাংবু নায়না, মতমদুদা লৈবাক অঁতৈদা লৈবম্বগুম্না ভাবত্তদি লৈবমদে; মসিগী মতাংদা মীনাই ফুঙ্গা নায়বসি শুক্রৈ লৈবমদে হায়না মেগাস্থিনিসপু থাজহল্লম্বসু ওইবা য়াই। "আর্য্য অমবু কৈদৌঙৈদা মীনায় ওইহন্দে" অসুম্না হায়বমই। কনানা অশেংবা আর্য্যানো অদুগা কনানা নত্তবগে হায়বদা লুনা থোকই; তৌইগুম্বসুং আর্য্য হায়বগা শুদ্র য়াওনা চাওবাক্তা জাৎ মবি থোক্তা খায়দোকলমইবা আর্য্য অসি, মতমদুদা, খংনবমই; তৌবদদি মসিগী মনুংদা শোক্ত পন্নবা য়াদবা কাংবুদি য়াওবমদে।

শাংনা হৌপ্রবা মতমদা লৈবম্বা ভাবতবাসিশিং অসি কনা মাল্লম্বগে ? লাপথ্রবা মতমগী ওইনা খম্বকবদা লুনা থোকই; ঐখোয়দনা অমুক হেন্না লুপ্রে; অদুম্নদি ওইবগা ঐখোয়না ফংইবা মখল কয়াগী হৌবকফমদগী, চনৈ-খনৈনবা শক্তম অমদি, লাকশিনবা য়াবি। অদুগা মখোয়'সি মী লুদবা, মশানা মশাবু থাজজবা, মপা-মপু য়েংলগা চাওথোকচবা, অঙকপা থবক থৌবম্বু থি-হুমদুনা খংনা থিবা, মখোয়না শেমগৎ-শাগচ্চবা মগুণ, ফীবম চাওথোকচফম হোংহন্দনা মীওইবগী পুন্সিগা প্রকৃতিগা অনিগী লৈনবিবা, হংবা য়াবা, মবীবু হুমদুনা খংনবা থিবা অদুম্নদি ওইরগা পুন্সিবু নুংঙাইনা, লায়না লৌদুনা, করিসু থৌশাদনা শিববু মাইবোং য়াবা জাত্তিনি। জাত্তি অসিগী মক ওইদবা থম্মোই উবদা, অৱাং ভাবত্তা আলেকজেণ্ডবনা লান্দারকপদা লাম্নী তেঙ্গোলদা য়াওবকপা পীক্কী ইতিহাস ইবা, অর্বিয়ান ওকপনা থেংখি। মহাক্তা ইবমই, "ভারতবাসিগুম্না কনাগুম্বা জাত্তি অমতনা জগোই ঈশৈ পামদে।"

# মরিশুবা পন্দুপ

## তরাতরুককশুবা তাংকক

# মহাবীর অমসুং বুদ্ধ ঃ কাংলুপ (সম্প্রদায়)

কাব্যশিংগী মতমদগী বুদ্ধ ধর্ম্মনা মতম'ম ফনা চংলকপা হৌগংলকপ ফাওবদা অৱাং ভারত্তা ইরাং অমা হৌরকলমমী। রাজনিতি অর্থনিতিদা অহোংবা অমা লাকলমই। থবক-শুবা নোম্বগী তোপ-তোপ্পা মওং অমা তানা অমতা ওইনা পুনশিনবা তাশিনবা হৌরকখি। ৱাখলগী ক্ষেত্রদা অনৌ অনৌবা অহোংবা লাকপগা লোয়ননা তত্তনা য়েৎনবসু থোকলম্মী। উপনিষদকী অহানবা শরুক, চাওখৎলকপা জ্ঞান অমদি থবক্কী তোঙান তোঙানবা বিষয়দা চয়োমসানা তুং-ইল্লমই। পূজা অমদি পুরোহিতকী থবক্কী বিরুদ্ধদা থবক মশামক্তগী থোকপা অয়েৎপা অমা লাকলে। মতমদুগী মীশিংগী ৱাখলদা মখোয়না উরিবা অদুগী মায়োক্লনা য়ানিংদবা ইহৌ অমা থোক্লক্লে; হৌরকইবা ইহৌ অদুদগী উপনিষদকী অহানবা শরুক থোক্লকই; খরা লৈরগা মিৎনা উবা পঞ্চভূৎকী কল্পবা ইহৌ, জৈন ধর্ম্ম, বৃদ্ধ ধর্ম্ম, অমদি ভাগবত গীতাবু তোঙান তোঙানবা মওংদা থাজনবা শকলোন ময়াম্বু অমতা ওইনা পুনশিনহন্নিংবা ইহৌ অসিগুম্বা লাক্লে। ময়ামসিগী মনুংদগী ইণ্ডিয়ান দর্শন শাস্ত্রগী শরুক তরুক থোরকলে। অসিগুম্বা ৱাখলগী ওইবা লানফম, লাক্লৌ অসিগী মরক্তগী তশেংবা জাত্তিগী পুন্সিগী অনৌবা য়েন্নিং চোংখৎলমই।

জৈন ধর্ম্ম, বৌদ্ধ ধর্ম্ম অনিমক বেদিক ধর্ম্মগী অহোংবা য়াওন্নি অমসুং বেদিক ধর্ম্মগী মশানি অমরোমদা অনিমক ধর্ম্ম অসিদগী হৌরকপন। পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা, বেদদা হায়রিবসি, ধর্ম্ম অনিমক্লা য়াদে; অহানবা লৈফম থোকপা মরমবু ধর্ম্ম অনিসিনা য়াদবত নত্তনা করিমতা হায়দনা লৈথোকই। অহিংসা, ধর্ম্ম অনিমক্লা থাজে নিপী থিদবা লম্বোইবা অমসুং পুরোহিতশিংগী অপুনবা সভা শেমগৎ শাগৎলি। মৎনা উদবা সংসারসিদা ঐখোয়না তৌফম থোকপা থবক্কী মাইকৈদা ঐখোয়বু লম য়ৌনা পুশিনবা ঙমদ্রবসু, ধর্ম্ম অনিগী চংশিল্লকপা খোংথাংদা অচুম্বা অমসুং মরমচাবদি অদুম ময়াওরি। জৈন ধর্ম্মগী য়ুম্ফম ওইবা ধর্ম্মনিতিনা ঐখোয়গী তৌফম থোকপগা অচুম্বগা মরী লৈনৈ হায়। মসি কল্লবা ধর্ম্মগী চৎনলোম্নি, হোংবা য়াদ্রবা নিয়মনি; পুন্সি অমদি ৱাখলগী সাধু ওইবগী থৌদাংদা মরুওইনা কনশিল্লবনি।

জৈন ধর্ম্ম পুথোকলম্বা মহাবীরগা বুদ্ধগা লেংগানি; ক্ষেত্রি লাম্নীগী জাত্তা পোকপনি। খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৫৪৪ ৱাংলিঙেদা মশাগী চহি মরিফু শুরকপদা বুদ্ধ লৈখিদে; মতম অদুদগী বৌদ্ধব্দ থিবা হৌখি। (মসি মীরোন কয়া চথরক্লবা তারিকনি। ইতিহাস ইবশিংনা খরা থেংথনা ৪৮৭ বিঃ সিঃ দগী থিবা হৌখি; অদুবু মীরোন কয়া চথরকপা মতমদুনা অচুম্বনি হায়না মখোয়না লৌনিংলকলে। বুদ্ধগী চহি হৌবা নুমিৎ ২৪৮৮ বৈশাখ পূর্নিমা নুমিত্তা, খ্বাইনা বৈশাখী পূর্নিমা কৌনবা নুমিত্তা, বৌদ্ধগী চহি হৌবা নুমিত্তা, তান অমা চারুদুনা, ঐহাক্লা মসি ইখি। বৈসাখ পূর্নিমা নুমিত্তা (মে-জুনদা) বুদ্ধ পোকই হায়না বৌদ্ধ ধর্ম্ম-গ্রন্থদা ইরি; নুমিৎ অসিমক্তদা (নুমিৎ অসি তারকপা মতমদা) বুদ্ধনা জ্ঞান ফংখি, শিখি।

মতমদুদা চৎনরম্বা ধর্ম্ম কয়া, অন্ধবিশ্বাস, ইশব-মেলা, পুরোহিতকী থবক, মসিপুম্বগা মরী লৈনবা, তৌদবা য়াদবা, পুম্বা মুখৎপদা বুদ্ধনা থৌগৎলম্মী। প্রকৃতিগী অচুম্বা খোংচৎ লাইবু মূর্ত্তি নায়না পুথোকপা মিৎয়েং, অঙকপা মিত্রং, ধর্ম্মগী মরিদা লাইগী শক্তম উত্তুনা ইবা লাইরিক, প্রকৃতিগী ৱাংমদা মীওইবগী থাক-হেনগৎপা, মীওইবগী শক্তম, মসি পুম্বসু মহাক্লা য়ারমদে। দর্শনিক ওইবা মরম, মরমচাবা, জ্ঞান্না লাম্বদা ফংবা শরুকপু, মহাক্লা ৱাংনা থাঙ্গৎলি; মীওইবগী লমচৎ-শাজৎ ঙাকপা নিয়ম্বু মানা কনশিন্না লৌই; মীওইবগী ৱাখলবু কুপ্পা নৈনবা, আত্মাগী শরুক য়াওদবা মীওইবগী ৱাখলগী বিজ্ঞান্না, মাগী ৱাখলগী পরিংনি। প্রকৃতিগী লৈরিবা ফীবম, অচুম্বা, অমসুং ৱাখল মতুংইননা চীংদোম্দগী শিংথরকপা অশেংবা নুংশিৎপু হকচাংনুদা শ্বর হোজিনবগুম, মহাক্লা চথরুই মাগী ৱাখল অমসুং ধর্ম্ম।

কাংলুপ খাইববু মানা অপান্নবা মুক্কদে; অদুমদি ওইরগা কাংলুপ খায়ববু মানা য়ানিংদে মাগী মত্ত; শম্পৎনা হায়রবদা মাগী ৱাখল, মানা তৌবা থবক্কা, কাংলুপ খায়ববু হন্থনা য়েংই হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে। মহাক্কী মতমদা কাংলুপ খায়বদা অহোংবা অমা লাক্কমই; মসি চহি চা কয়াগী মতুংদসু অদুম মশানা হোংজবকই। জাত্তি খায়বা কাংবুনা মীরৈবাক্কা লল্লোন-ইতিক তৌমিন্নবদা নত্রগা মীরৈবাক্তা চৎপদা মপুক্লিং চংবা ওমলমদে হায়বসিমক অচুম্বনি; বুদ্ধগী মতুং চহি চা-তরামঙাদা অমদি মতুংদা ভাবতকা মীবৈবাক্কা অনিগী মবক্তা চত্থনবা লল্লোন ইতিক্কী থবক য়াম্না চাওখৎলমই, ভারতকী লোয়লম কয়া চাওখৎলমই। অৱাং নোংচুপ মাইকৈ ফাওনা মীবৈবাক্কী পোৎ ভাবত্তা পুশিল্লকলমই অমদি ভাবত্তা লোইশিনখি।

ভারতকী মীনা মীবৈবাক্তা, মীবৈবাক্কী মীনা ভাবত্ত তিনশিনখিবসি উবা নুংঙাইবা পোকই। খ্বাইদগী তোঙ্খবা ওইনা অনৌবা কাংলুপ শেমখি; ভাবত্তা লান্দাবকপদা মমাই পাকপা কাংবুনা ক্ষেত্রি অমদি লৈবাক ঙাকপা নিংথৌ কাংলুপ হেক্তা ওইখি। মীবোন অনি অহুমগী মনুংদা, খৃষ্টাব্দ হৌদ্রিঙৈ অমদি হৌখ্রবা মতুংদা থোবকপা চৎনবম্বা শেন ময়েক্কা থুনা থুনা লাকইবা অহোংবা অসিবু উৎলি। ইহান হানবা লৈবাক ঙাকপা অদু মীবৈবাক্কী মীগী মমিংনি। মহাক্কী মচা নত্রগা মশুগী মমিং সংস্কৃত মমিংদা থোন্নবকপা উই; ক্ষেত্রিগী চৎনবোল পথাপ মতুং ইন্না অভিষেক তৌই।

খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি অনি ৱাৎলিঙৈদা নত্রগা অঙৌবা হুন জাত্তিনা কায়নথংদা লান্দাবকপা মতুংদা শাকা নত্রগা স্যাথিয়ান্না লান্দাবকপা মতমদগী বাজপুত ক্ষেত্রি কাংবুগী খুন্দাবা হৌবগী মতম লৌই। লৈবাক অসিগী ধর্ম্ম অমদি চৎনবোল, কাংবু অসিনা লৌখি লোয়ননা কাব্যদা য়াওবিবা মমিংচৎলবা অকন অথৌশিংগী মবক্তা তিনশিন্নবা মখোয়না হোৎনখি। অসুম্না ক্ষেত্রি কাংবুনা মখোয় মখোয়গী মপা-মপুগী পুথাং শুথাংগী চৎনবোল থাদোক্কুনা ভারত্তা ওইবকপা পদবী অমদি মশিঙ্গাংগী মচুলক্তা তিনখি। নৌনা মচু শংবদা মীবৈবাক্তগী লাকপা মীনৌনা থোয়না হেন্না খুদোংচাবা হেনখি।

লিশাংশি .না চত্থবকইবা ভাবত ইতিহাসতা, পুবোহিতশিংগী কা হেনবা, কাংলুপ খায়বদা কা হেয়া কনশিনবা পুন্নমকশিগী মায়োক্তা ৱাখল চাওবা মীওইশিংনা তত্তনা ৱার্নিং পীথ্রবনি লোয়ননা অকনবা অন্দোলন কয়া তৌথ্রবনি হায়বসে ময়েক লানা ইদুনা লৈববনি, চুন্নবনি। লাইবক্কা তন্থা তুং-ইন্না শোয়ববোইদবা খোংচত্তা জাৎ খায়বনা লাকশিল্লকলি, পাক্কা চাওনা শন্দোকলকলি লোয়ননা ভাবত্তা লৈবা মীগী পুন্সিবু খব খবদা ওইনা খুদুম চেৎনা লাকশিল্লকলি, খোংচৎ অসি অসুক্কী মতিক তপই, মশক উদনা তত্তনা চংশিল্লকলি। কাংলুপ খায়দোকপগী মায়োক্তা হৌবকপশিংগী তুং-ইনবা মী কয়া চোংথোকলকই অদুবু মতমগী মতুং ইন্না মখোয়বুসু কাংলুপ খায়বগী মচুলক্তা চুশিনখি। জ্যৈন ধর্ম্ম, খ্বাইগী অমদি মশামক্কী হৌবকফম ওইবা ধর্ম্মবু যাদবা হীবম কয়াদা খেৎনবা ধর্ম্ম ওইবনা কাংলুপ হায়বসি মুৎপা লৈতনা ভাবত্তা অসুম চত্থরকই; জ্যৈন ধর্ম্ম অসিমক হিন্দু ধর্ম্মদগী নমহৎলমলবসু ধর্ম্ম অসিনা (বৌদ্ধ ধর্ম্মনা) ৱাখলদা মিৎয়েংদা তোঙান্না তোপ-তোপ তাবনা মমৈথংদা ভাবত্তগী মুৎখি। চহি চা-তবানিপানগী মমাংদা খৃষ্টান ধর্ম্মনা ভাবত য়ৌবকখি অমসুং ভাবত্তা চৎনবা হৌখি; অদুবু মমৈথংদা খব খবা ওইনা মশামক্কী তোঙানবা কাংলুপ অমা ওইনা চোংথোকখি। ভাবতবাসিগী মবক্তা, কল্লবা পম্নুংদা, থিনা খেৎনবা মত লৈববসু ভাবত্তা লৈবা মুশলমান সমাজদা ফাওবা, খবমখৈদি খেৎনহল্লমই।

ঐখোয়গী মতমদসু কাংলুপ খায়বগী তমথীবা অসি থুদেক্লবা ময়াই ওইবা যুম্বানগী মবক্তা মশীং খংদনা হৌনরকলম্মী; মখোয়গী মবক্তা খায়বুং খায়বুং তানবম্মী; মীয়াম তিন্নবগা লৈফম য়াওফম থোকপা মকওইবা অমা ইৱাৎ ৱাৎলম্মী। আক্রমন হেক্তা তৌবনা মখোয়গী নিয়ম ওইবমই। মমৈদা গান্ধি য়াওবক্কে মহাক্তা থবক পায়খৎপা হৌবক্কে; নিংশিংবা থোক্কবা ভাবতকী চৎনলোন মতুংইন্না, নাকোয়ননা, ময়াম্না তৌবিবদু য়েংশিনখি। মহাক্তি, মকওইবা কাংলুপ মবিগী মতুংইন্না লৈবিবা হৌবকফম ওইবা মশাগী লৈজবা নিয়ম্বু মুক্লবা তৌদনা, থুনা থবক পায়খৎলি, থবক পায়খৎপদা য়াংশিল্লি, লোয়ননা খাংবা কল্লি। কাংলুপ কাংলুপ শেম্বদা মকওইনা চংইবদু কবিনো হায়বা য়াম্না মুন্না খংদোকলগা (মকোক থোংবা) লাম্বোকথ্রবা হৌগৎলকইবা ফীবম্বু আক্রমন তৌবা হৌবকই। যুম্ফম ওইবিবা শক্কপু কন্না নিকলমই; মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোইদা কল্লবা ইপোম ফাওবমই। থম্মোই শোকইবা কাংবুগী মফমদা কাংলুপ খায়বগী অকনবা উফম অদু হিথদুনা-নিংখায়দুনা তারমই। মহাক্তা তৌবনা খবদা অদুগা থোৎথবকপা ফল অমদি মগুণনা পাক্কা চাওনা শন্দোকখি। হৌজিক লৈরক্লবা কাংলুপ নায়বগী অহন ওইরবা শক্তম অদু অমুক হন্না লৈতবা তাবমই।

ভারত্তা ঐখোয়না কাংলুপ নায়বগা খুৎ থোক্লরিঙেদা (হৌরকপদা কুচু য়েংনা খায়খিবা কাংলুপ) শম্নবা য়াবা য়াদবা জাত্তিশিংগী চৎনরোলগা লোয়ননা, করিগুম্বা রাজনিতি, অর্থনিতিনা ফীজেৎ ওইদুনা, মীপুম খুদিংমক চপ মান্নে হায়বা ৱাহৈনা ৱাঙাং ওইদুনা নোংচুপ মাইকৈদা অনৌবা হেন্না কনশিনবা কাংলুপ কয়া থোরকলে।

বুদ্ধগী মমাংদা খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি চাতরেৎ ৱাংলিঙৈদা যজ্ঞবালক্য কৌবা চাওরবা ধাসি, আইনশেম্বা ভারতমচা অমনা হায়খিবা লৈ "ধর্ম্ম চেনবা হায়বসি ঐখোয়নি ধর্ম্মদগী থোরকপা নত্তে - ঐখোয়গী উনশামচুদগীনি; ধর্ম্ম চেনবা থবক তমগদবনি। মশাগী ফনবা তৌজবা, খঞ্জবা ঙমদবা মীনা অতোপ্পা মীগী ফনবা তৌবা ঙম্বা হৌনদে।"

'গান্ধিজীনা হায়রিবা কাংলুপ খায়দোকপা অসি অসুম-অসুম কনবা হেনগৎলকপদা মচিনতুম্বা হেল্লকলবনি; হৌজিক লৈরিবা অসিমক খাকহৌবা লৈতনা মুখৎকদবনি হায়না মহাক্না তত্তনা হায়রম্মী। জাত্তি অসিগী মমাংদা থাংগৎলকইবা চাওখৎ-থৌরাংগী হিরম পরেং পল্লদুনা মহাক্না হায়, "ফংগে তান্নরকপা মতুংইন্না, চিংনবা লৈতনা, রাজনিতি, ধর্ম্মনিতি অমদি অর্থনিতিগী মনিংতম্বদু লৈজরবনি। অচৌবা জাত্তি অমগী পুন্সিগী খোংচত্তা লমচৎ অমদি অহিংসাগী অন্দোলন তত্তনা য়াওই; মমৈথংদা কাংলুপ খায়বা, শোক্ল-পন্নবা য়াদবা অসিগুম্বা অন্ধবিশ্বাস অসি মাংখি, হিন্দু মুশলমানগী খেৎনবা হায়বসি হৌশ্রবা পোৎনি; সাহেব (ইংলিস মেন) অমদি ইউরোপকী মীগা য়েংথিনবা অসি কাওথোক্লগ্রগদবনি। . . . ।" অমুকসু হন্দক্না হায়, "ঐখোয়না খংইবা কাংলুপ খায়বা হায়বসি পুমলান লাল্লবনি। হিন্দু ধর্ম্মগা ভারতকা লৈমিন্নবা তারবদ, নোংম-নোংমগী চাওখৎহনবা তারবদি কাংলুপ খায়বসি লৈহল্লোইদবনি।"

# মরিশুবা পন্দুপ

## তরাতরেৎশুবা তাংকক

# চন্দ্রগুপ্ত অমসুং চানক্য/মৌর্য্য সম্রাজ্য লিংখৎপা

ভাবত্তা লেপ্পা লৈতনা বুদ্ধ ধর্ম্ম শন্দোক্লমই। অহানবা হৌবকপদা ক্ষেত্রিগী অন্দোলন ওইববসু, অদুগা লৈবাক ৱায়েনবা কাংবুগা পুবোহিতশিংগা অনিগী খৎনবা ওইনা তৌরবসু; মসিগী লমচৎ-শাজৎকী নিয়ম, প্রজা পুম্নমক চপ মান্নবা ৱাখল, মকওইনা পুরোহিতকী থবক অমদি ইসব মেলাগী মায়োক্তা লাম্থেংনবগী ইহৌ অমা প্রজাশিংগী থম্মোইনুংদা লাকলমই। ইহৌ অসি ময়াম্না পান্নবা হেন্না ফবা অন্দোলন অমা ওইখি; মসিনা ব্রাহ্মণ ৱাখললৈবা কাংবুবু শুমহৎলম্মী। তৌইগুম্বসুং ব্রাহ্মণশিংনা মায়োক য়াবম্মী; বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা ৱাখললৈবা কাংবুবু শুমহৎলম্মী। তৌইগুম্বসুং ব্রাহ্মণশিংনা মায়োক য়াবম্মী; বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা কাংবুবু ধর্ম্ম থাজদবা, চৎনবিবা খোংচত্তুগী মনুংদা চেনবা ৱাখলনা থোয়না মক ওইবম্মী। ব্রাহ্মণশিংনা মসিগী মবমদা লেপ্পা লৈতনা খম্থবমই। মীবোন অনি মখাইগী মতুংদা সম্রাট আশোক্না ধর্ম্ম অসি চৎলমই; যাম্না ইংনা হোৎনদুনা ভাবত্তা অমদি মপান্দা ধর্ম্ম অসি শন্দোক্লবা তৌবদা মাগী লৈজবা শক্তি-মপাঙ্গল মখে শীজিন্নবমই।

চহি চর্নিগী মনুংদা ভাবত্তা অহোংবা কয়া লাকপা উবম্মী। ভাবত জাত্তিনা অমতা ওইনা পুর্নাশিন্নবা, অপীকপা ষ্টেটশিং, লৈবাকশিং অমসুং প্রজানা ৱায়েনবা লৈবাকশিং অমতা ওইনা পুনশিন্নবা তোঙান তোঙানবা নিয়ম কয়া, মতম শাংনা চৎনবম্মী। অপুনবা অমতা ওইবা ষ্টেট অমা শেম্নবা মতম কুইনা কন্ন-হোৎনবক্লবনি। ষ্টেট ময়াম পুর্নশিন্দুনা মপাঙ্গল কনবা, যাম্না চাওখৎলবা সম্রাজ্য অমা শেমখি। অৱাং নোংচুপ ভাবত্তা আলেকজেণ্ডবনা লান্দাবকপনা চাওখৎ খোংথাংবু অবোযবা থাক যৌহনখি; হোংলকইবা ফীবমগী খুদোংচাবা লৌবা ঙম্না, হিংবা মতুংইন্না মওং শেম্না ঙম্না, মম্নিং চৎপা নিপা অনি চোংথোকলম্মী। নিপা অনি অসি চন্দ্রগুপ্ত মৌর্য্য অমসুং মাগী মকপ, মন্ত্রি, তান্নবোই ব্রাহ্মণ চানক্যনি। অনি অসি তিন্নবনা থবক নিংথিনা পাং.থাকখি। মগধ লৈবাক্কী মপাঙ্গল কল্লবা নন্দ কাংবুনা মবানিবু তাম্থোকখি; পাটলিপুত্র (হৌজিক্কী পাটনা) মগধগী কোনুং ওইবমই; অৱাং নোংচুপতা লৈবা তক্ষীলা তান্না মবানিনা চৎখি; মফমদুদা আলেকজেণ্ডবনা থনম্না গ্রীকশিংগা তিন্নখি। চন্দ্রগুপ্ত মশামক আলেকজেণ্ডবগা উন্নখ্রবনি। আলেকজেণ্ডবদগী হেন্নিংবা অশানা ৱামৈ চাকপগুম লৈফম খংখিদে। চন্দ্রগুপ্তগা চানক্যাগা মবানিনা তাঞ্জা য়েংদুনা শেম শাদুনা লৈবমই; মখোয় অনিনা অচৌবা আশা অদুবু কোন্দুনা চোংথোক্লবা খুদোংচাবা মতমদু ঙায়দুনা লৈবমই।

খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৩২৩ ৱাৎলিঙৈদা বাবিলোন্দা আলেকজেণ্ডব শিবে হায়বা পাও অদু থুনা শন্দোকলমই; হান্নদগী হৌনা মতম চুপ্পদা লাওদুনতা লাকইবা নিংখা-তমনিংবা জাত্তিগী খোল্লাওদুন চন্দ্রগুপ্তন অমসুং চানক্য মবানিনা শৌগৎপা হৌবকলে; মীবৈবাকমচা লান্দাবকপা কাংবুগী মায়োক্তা প্রজাশিংনা হৌবক্লে। গ্রীক্কী লাম্মী তাম্থোক্তুনা তক্ষসীলা লৌশিল্লে। নিংতম্বা পাম্বা জাত্তিনা চন্দ্রগুপ্তদা হোৎচিল্লক্তুনা মতেং নিববে। অৱাং-ভাবত লান্না পাটলিপুত্র তান্না মখোয়গা লোয়ননা চন্দ্রগুপ্তনা চৎলম্মী। আলেকজেণ্ডবনা শিববা মতুং চহি অনিগী মনুংদা সহব অমসুং লৈবাক পুম্বা লৌশিন্দুনা মৌর্য্য সম্রাজ্য লিংখৎলমই।

মাগী মবুঙোনা (আলেকজেণ্ডরনা) শিববা তুংদা আলেকজেণ্ডবগী জেনরেল শেলিউকসনা এশিয়া মাইনাবদগী ভারবর্ষ ফাওবা লৌহৌই; শেলিউকসনা অৱাং-নোংচুপ ভারত হুঞ্জিন্নিংদুনা লাম্নী তেঙ্গোল অমা পুদুনা সিন্ধু তুবেল লাল্লকখি।

চন্দ্রগুপ্তগী মখুত্তা মহাক মাইথিবা ফংখি, আফগনিস্থানগী শরুক কাবুল য়ৌবা ফাওবা, অমদি হেরাট, চন্দ্রগুপ্তগী লৈবাক্তা তিনশিনখি; শেলিউকাসকী মচানিপী চন্দ্রগুপ্ত লুহোংদুনা লৌখি। খা-ভারত নত্তনা ভারতবর্ষগী শরুক পুম্নমক আরব সাগরদগী বঙ্গ সাগর ফাওবা পুনশিল্লগা চন্দ্রগুপ্তগী সম্রাজ্য ওইখি; অমাং মাইকৈদা অমুক কাবুল ফাওবা শন্দোকখি। মথং মথং ইথরকপা ইতিহাসতা ইহান হানবা ওইনা ভারত্তা অপুনবা পাকচাওরবা, অমতা ওইবা, ষ্টেট অমা থোরকখি; পাকচাওরবা সম্রাজ্য অসিগী কোনুং পাটলিপুত্রদা ওইখি।

অনৌবা ষ্টেট অসি কমদৌবগে ? লাইবক ফবনা, ভারত অমদি গ্রীক্কী মাইকৈদগী মপুং ফাবা মরম ইদুনা থনম্বদু ঐখোয়না ফংই। শেলিউকাসনা থারকপা এম্বেসেদার, মেগাষ্টেনিসনা ইদুনা থনমই; মদুদগী খোয়না হেন্না কান্নবা রেকোর্ডতি, মতমদুমক্তদা কৌটিল্যানা ইরম্বা অর্থশাস্ত্রনি, লাইরিক অসিদা লৈবাক ৱায়েনলোল (Science of polity) ফজনা ইরি। কৌটিল্যানা চানক্যগী অতোপ্পা মমিংনি; চাওরবা পণ্ডিত অমা ওইবতা নত্তনা সম্রাজ অমা শেমশংপদা, চাওখৎহনবদা, লাকশিনবদা, লেংদা থম্বদা, মরুওইবা শরুক য়াবা, নিপা অমনা ইদুনা থনম্বা লাইরিক ঐখোয়না ফংই। চাণক্যবু ভারতকী মেচিয়েভেলি হায়না মিংথোল্লি; অয়াম্বা শরুক্তা চাংদম্নরিবা অসি মতিকচারবনি। তৌইগুম্বসুং মহাক অসি হীরম পুম্নমক্তা ৱাখল ত্তান্দা অমদি থবক্কী লমদা মীথোই মীহেনলবা নিপা অমনি। মহাক নিংথৌগী অচম্বা খোংলোয় নত্তে; শক্তি পাঙ্গল লৈরবা নিংথৌরেনগী তোল্লবা থৌদা ইনবা নত্তে। মতমদুবু নৈনবা মুদ্রা-রাক্ষসা কৌবা, ভারতকী দ্রামাদা মাগী শক্তমগী মমি তারি। মথৌনা ফরবা, তুংগী পোরম নিংথিনা উরবা, অচাওরম কাবা, লমন্ খুমগনবা, নিংশ্রবদা নিংহনদবা, তৌফম থোকপা মথৌ কাওগন্দবা, য়েক্লববু মাইথিবা পীবা, মাংনবা শীনবদা থৌশিন ফবা অদুগুম্বা নিপা অসিনা লৈবাক শাসনগী খুৰ্জি মখুত্তা পায়দুনা লৈবমই; নিংথৌরেনবু মাগী চাল্লবা শিষ্য ওইনা য়েংবা গুরু অমা ওইনা মহাক্লা লৈরমই। ইচম-চম্বা মশেক মঙান্না পুন্সিবু লৈতেংবা, মীয়াম তিনবা সভাদা চাওথোক পামদবা নিপা অসিনা মাগী ৱাশক ঙাক্তুনা মানা নিংইবদু থুংলবা মতমদা, লাইনিংদুনা, ব্রাহ্মন অমগুম পোখাদুনা লৈবা পাল্লম্মী।

তৌগে নিংইবা থবক পাংথোকপদা চাণক্যবু থিংবা ঙম্বা করিমত্তা লৈরমদে। মহাক্তি মচিং-মশোন লৈবা মীনি; মহাক্লা তৌগে নিংইবা থবক অদু, চানদবা লম্ফেদগী ফুজিল্লকপা ইচেন্না, পাংথোকপা ঙমহন্দবসু য়াই হায়বা মুন্না খংই লোয়ননা য়াম্লসু শিংই। ক্রোজাউইসকী মমাংদা য়াম্না মাংজৌননা, মহাক্লা হায়খি হায়না, মাগী মরমদা হায় মদুদি ষ্টেট অমগা অতোপ্পা ষ্টেট অমগা লাম্ফেংনবা হায়বসি মাগী মাগী অনিংবা পোলিসি কায়হন্নিংদবদগী থোকপা ঙাকনি। তৌইগুম্বসুং মহাক্লা অসুম্নসু হায়রমই, পোলিসিগী মকওইবা মরমদি মতমপুম্বদা লান-শোক্লবতনা পাংথোকপা ঙমই; লান শোক্লবনা নিংইবদুগী মরম অমা নত্তে; লৈবাক শাসন্দা হৈ-শিংবা মীগী আশাদি হেন্না ফবা মওংগী ষ্টেট অমা শেম্বনি, মসি লান শোক্লবগী মতেংতনা পুরকপা ঙমই; চুম্না মাইথিবা পীবা অমদি য়েক্লববু মাংহনবতনা ওইবা য়াদে। লান তৌনরবদি শোক্লবিবা কাংবু অনিমক মাং তাক্লবা মহৌশানি; মসি লৈবাক শাসন তৌবদা হৈ-শিংবগী শরুকপু মাংহন্দবা নত্তে। খুৎলায় পায়বা লাম্নীনা ঐখোয়বু লমজিংই; অদুগা খুৎলায় পায়বা লাম্নীদগী হেন্না মক ওইবদি য়াম্না হৈ-শিংনা লাম্ফোং শিনবনি; য়াম্না হৈ-না লাম্ফোং শিনবনা, য়েক্লবগী লিংজেল মাংহল্লি, মথৌনাবু মাংহল্লি, মপাঙ্গল-শক্তিবু অরেম্বা কান্নদবা লম্ফেদা শীজিন্নহন্দুনা মাংহল্লি, উপায় লৈতবা ফীবমদা তাহল্লি নত্রগা তকশিলহনবা খুৎলায় পায়বা লাম্নীগী মমাংদা খুৎলায় থাহনবা য়াবা অবস্থাদা পুরকহল্লি। মহাক্লা তৌগে নিংইবা থবক্তু পাংথোক্লবা তকশিনবদা চাণক্যদি নিংহন্নদে অচুম অরান থিদনা ঙম্নবা তকশিল্লি; য়েক্লববু নৈহৎপগী মহুত্তা য়াম্না হৈ-শিংবা পুকচেন চাওবা য়েক্লববু খুৎ-চনবনা থোয়না হেন্না ফৈ হায়বা মহাক্লা কৈদৌঙেদা ফাওদে। য়েক্লবা অচৌবা ফম্নাইবশিং, অমগা অমগা মত মান্নহন্দবা, মখোয় মশেল খৎনহনবনা মহাক্কী অরোইবা লানঙক্সগী খমথেংবা শরুকনি; মহাক্লা লান্দা হেক মাইপাকপগা, অসুম্না ৱারিনৈ, চন্দ্রগুপ্তগী মকোক ওইবা য়েক্লবগী মফমদা পুকচেন চাওথোকপা মগুণ উৎনবা চন্দ্রগুপ্তনা ইনশিল্লমই। অসুম্না হায়নৈ, য়েক্লবগী মন্ত্রিদা চাণকানা মশামক্কী ফম্বু শিন্নথোকলম্মী; মহাক্কী লৌশিং অমদি য়েক্লবা মাইকৈগী মন্ত্রিগী ব্যবহার ফজবদুনা মশাদা নুংঙাইবা পোকহল্লমই। য়াম্না থিনা তুক্কচনা মাইথিবা পীবা, চাং তাহন্দুনা শুগায়বগী মহুত্তা ষ্টেট অমগী য়ুম্ফম চেৎশিনহন্দুনা অমত ওইনা পুনশিনহন্দুনা ৱারী অদু লোয়শিনখি; অসুম্না, মাইথিবা পীবগী মহুত্তা য়েক্লবা লুচিংবা মীবু খুদুম চনশিনখি।

সেলিউকস অমদি মাগী মতুংদা মহুৎশিল্লকপশিং অমসুং পোলেমী কিলাডেল্লকসকা লোয়ননা গ্রীকী লৈবাক্কা মৌর্য্য সম্রাজ্যগা লৈবাক বায়েনমিন্নবদা এম্বেসেডার থম্মদুনা মরী লৈনখি। লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা য়ানবা মওংদা লল্লোন ইতিকমিন্নদুনা য়াম্না কনশিনবা মওংদা অচেৎপা য়ুম্ফম শেমদুনা মরী লৈনখি। ষ্ট্রেবোনা ঐখোয়দা হায়, মধ্য এশিয়াদা চেল্লিবা ওক্সস তুরেন্না কান্নরবা শাংলবা খোংলম ওইদুনা ভাবতকী লল্লোন পোৎ ইউবোপ তান্না, কাস্পীয়ান অমসুং ব্লেক সমুদ্র ফাওনা পুবমই। খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি অহুম বাৎলিঙেদা লম্বী অসি য়াম্না কান্নরমই; মতমদুদা মধ্য এশিয়া অসি লৈহাও চেল্লমই পোখোক ফবম্মী। চহি লিশিং অমা হেল্লবগী মতুংদা খোংলম অসি কংশিল্লকই। নিংথৌগী শগোলশংদা অবাবিয়ান-শগোল য়াম্না য়াওরমই হায়না অর্থশাস্ত্রদা পল্লি।

# মরিগুবা পন্দুপ

## তরানিপানগুবা তাংকক

## ষ্টেট শেমগৎ-শাগৎপা

খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৩২১ ৱাৎলিঁঙেদা, অৱাংদা কাবুল য়ৌনা, ভারতকী অয়াম্বা শরুক য়াওনা, পাক-শন্না চোংথোরকইবা অনৌবা লৈবাক অসি করম তৌইবনো ? সম্রাজ কয়া লৈরম্বগুম, অমদি হৌজিক লৈবগুম, লৈবাক অদু নিংথৌপানবা, নিংথৌগী মশাগী শক্তি য়াম্না লৈবা লৈবাক্লি। লৱাই-থৱাইদা, সহরশিংদা লৈবা প্রজা পুম্নমক ঙম্না মনিংতম্লমই; প্রজাগী মীখন্দা কাবা মীশিংনা লম-লমদুগী অফ-ফত্ত থবক ইনখাং য়েংশিল্লমই। লম লমগী নিংতম্ববু নিংথিনা ঙাক্লমই; নিংথৌ অমদি শক্তিপায়বা অঙম্বনা খুৎ থিংজিল্লদে। অদুম্নদি ওইরগা সেম্ট্রেল গর্ভনমেন্টকী আইন অমসুং তোঙান তোঙানবা মখলগী লৈবাকশিনবা থুংনা চৎনবমই; মওং অমবোমদা মৌর্য্য লৈঙাক-শাসন্না হৌজিক মতমগী ডিক্টেটবনা ঙাকপা লৈবাকপু নিংশিংহল্লি। ঐখোয়না হৌজিক উরিবা অসিগুম্না মীপুম খুদিংবু সবকারনা লাকশিনবগুম তশেংবা লৌউ-শিংউবগী যুগতা তৌনমবই। অদুগা অকক্লবা অমা লৈববসু চাং অমদা ইংনা য়ুম্বানবা ঙমহন্নবা কন্না হোৎনবম্মী। পুলিসনা ঙাকপা ষ্টেট অমগা ষ্টেট অসিগা থীনা খেৎনরমই; লৈবাক'সিদা অমদি মপানগী লৈবাকশিংদা ইংনা মবাতপ্পা পালহন্নবা হোৎনবমই। লমগী খাজনা লৌবদা পুক্রিং চংলম্মী।

তলবচাবা অঙমঅথৌনা শিনবা থুংনা লৈবমই; পাওপীবা পাও মীশিংবু তোযনা কৌদুনা পাও লৌবমই। লৌউ-শিংউববু চাংনাইহল্লমই; শেন্দোইগী অবেপ্পা চাংচৎ থনমই। চিঞ্জাক থম্বা মফম, কৈথেন, পোৎ শাফম, শা-ঙা হাৎফম, ষন শা-য়োনফম, ঈশিং চাফম, শান্নফম, ওক্তবা নুপী লৈফম অমসুং য়ুথকফম -হায়বিবা মফমশিং মতমনাযনা, চাংনাযনা য়েংশিল্লমই। অকাম্বা, অশাংবা, ওন্নবা খল অমসুং খন নুং-গী চাং লেপ্পমই। চান-থক্লবা মঁহে-মবোং লোন্না পৈশিন্দুনা থম্বা, চানবা পোৎচৈদা য়ানশিনবা -কাংবুবু শাথিনা দণ্ডি তৌরমই। লল্লোনবদা খাজনা তৌবমই অদুগা তোঙানবা মওংগী ধর্ম্ম শন্দোকপদসু খাজনা লৌরমই। আইন থুগাইরকপদা নত্রগা আইন্না য়াদবা থবক তৌরকপদা লাইশংগী শেন সবকাবনা মৎলম্মী। প্রজানা ৱানরবা মতমদা, ইনাক কৈরাক খুনবা মীনা মশাগী কান্নবতা য়েংদুনা শেন শীজিন্নবকলবা নত্রগা শেন্দোং তাল্লবদি মহাক্কী মবন-মথুম সরকাবনা মৎলি। খোংহাম-খুৎহামনবা মফম শারমই, অনালাইয়েংশং লিংখৎলম্মী, ময়াইথোকপা মফমদা ডাক্তব ময়াম থমলমই। চাকতাংবা কোক্লবা সরকারনা মরুওইনা চেকশন্না হোৎনরমই; সরকারগী পুকৈগী তঙ্খাই অমা মতম লৈবা খিবিক্তি চাকতাংবা, অৱাবা কোকহন্নবগীদমক, খাক্তুনা শোক্তনা থমলমই।

নিয়ম কানন, আইন পুম্নমক সহরদনা নম্না কন্না চৎলমই লৱাইথৱাইদদি মমিং ওইনা চৎলম্মী। ইবা-ঙাংবগী মহত্তা থবক ওইনা তৌরমই। অদুম্নদি ওইরগা (ঠিওরিদসু) খনবা-ইবদসু থৱাই য়াওদবা নত্তে। খুঞ্জাশিংদি থবক্কী লমদা মনিং তৌরমই।

চানক্যগী অর্থশাস্ত্রদা হীবম কয়ামরুম পাক্না শন্না ইরি; সরকারগী খন্ন-নৈনবা, অইবা, থবক ওইনা তৌগদবা, পুম্মকসু ইরি। নিংথৌগী মথৌ, মন্ত্রিশিংগী মথৌ, ব্যবস্তা পীবা মীগী মতৌ, কাউন্সিল ফম্বগী মরম, গর্ভনমেন্ট ডিপার্টমেন্টশিংগী থবক, রাজ্যনিতিগী মরম, লানগী অমসুং সন্ধিগী মরম, লাইরিক অসিদা নৈনৈ। খোংমি লাম্মী, শগোনতোংবা দোলাই তোংবা, শামুতোংবা য়াওরবা চন্দ্রগুপ্তগী পাকচাওরবা লাম্মী-তেঙ্গোনগী মরম শুগায়না লাইরিক অসিনা তাকলি।* মশীং খরদনা, মশীং য়াম্বা শকপা য়াদে, হায়বা ইন্দবা, অফবা লুচিংবা য়াওদবদি ৱাইচিন্নবনি হায়না চাক্যনা হায়রমই। ঙাকথোক্লবা অমসুং লানবন শানবা মরমসু লাইরিক অদুদা নৈনরি।

লাইরিক অদুদা ইরিবা নৈনরিবা হীরমশিংদুগী মনুংদা খরদি — লল্লোন-ইতিক, আইন অমসুং অদালত, মিউনিসিপালিটি, সমাজ চৎনরোল, লুহোংবা খায়নবা, নিপিগী রাইটস, লৌ-ইংখোন-খাজনা অঁতে খাজনা, লৌউবা, খনিগী থবক, ফেক্টররি, খুৎশাহৈবগী থবক, কৈথেন, লৈ-শু, মনা-মশিং থাবা (ইংখোল কোয়বা), পোৎচৈ-শাবা, খোংলম তৌবা, ঈশিং লম্বী, জহাজ অমসুং জহাজ লম্বী, মরূপ (মীয়াম তিন্নবা), মীশিং থিবা, ঙা-য়োকপা, শা-ঙা হাৎফম, পাশপোর্ট, জেন অসিনচিংবা। লুপ্তানা ময়ুম অমুক পানবা য়ারম্মী); য়ানবা মরম মতুংইন্না খায়নবসু য়ারমই।

চীনাদা শাবা মনা, চীনাপাটাগী মরমদসু পল্লি; ভারত্তা থোকপা মুগাগা চীনাগী মুগাগা অনিগী খেৎনবা উৎলি। ভারত্তা থোকপা মুগানা পৌবা হেল্লি। খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৪ রাৎলিঙেদা চীনাগী মরী লৈনরমই চীনাগী মুগা ভারত্তা পুশিল্লরুম্মী।

অভিষেক তৌবা মতমদা প্রজাগী ফনবা তৌগনী হায়না নিংথৌনা ৱাশকনরমই—"ঐহাক্না প্রজাবু ওৎনবদি ঐহাক লাইনা য়ারোই, পুন্সিদা নুংঙাইবা ফংলোই, (ইচা-ইশু ফংলোই) ই-তারোই।" প্রজানা নুংঙাইবনা মহাক্কী নুংঙাইবনি; প্রজানা য়াইফরবা মাগীসু য়াইফবনি, মশাগী নুংঙাইবা পেনবদা মহাক্না অফবনি খল্লোই।" নিংথৌনা মপাঙ্গল কল্লগা মাগী প্রজাসু মান্নরা কনবনি।" প্রজানা ৱাবনা নিংথৌগী নুংঙাইবা ওইরোই; প্রজাগী ফনবা থবক তৌবদা নিংথৌ নুংঙাইবা য়াবা ওইরোই; অফবা থবক তৌনবগীদমক নিংথৌনা শেম-শাদুনা লৈগনি। নিংথৌগী মরমচৎ চুমলক্তবদি প্রজানা মাবু লৌথোকনবা মপাঙ্গল লৈগনি; লোয়ননা অতোপ্পা অমবু মাগী মহুত্তা হাপকনি।

খোং ময়াম য়েংশিন্নবা থোং-য়েংবা অফিস লৈরমই; হিথাংফম হিলানফম, থোং, ব্রহ্মা তান্নবা চৎনবা মদুদগীদসু হেন্না লাপ্পা চৎনবা জহাজ, তুরেন্দা চৎথোক-চৎশিন তৌনবা হী য়েংশিন্নবা হী-জহাজ য়েংশিনবা অফিস লৈরমই। লাম্লীনা শীজিজন্নবা মখল কয়াগী হী-জহাজ মখল কয়া 'মসু লৈরমই।

লৈবাক অসিদা লল্লোন-ইতিক য়াম্না চাওখৎলমই; পাক-চাওরবা লম্বী কয়ানা অরাপ অরাপ্পা লমশিংবু শম্নহল্লমই; লংফৈচৎপা লমকোইবশিংগীদমক মরক মরক্তা য়াম্না কুংনা মীথুংফম শারমই। মরুওইবা লম্বীবু নিংথৌ-লম্বী কৌরমই; কোনুংদগী হৌদুনা লৈবাক অসি ফাওনা অৱাং-নোংচুপ ঙমখৈ ফাওবা লম্বী অসি শেমলমই। মীরৈবাক্কী লমকোইবশিংগী মরমদা তোপ-তোপ্পা খুদোংচাবা কয়া পীরমই; লৈবাক অসিগী চৎনবী-আইন্না, মখোয়দা করিসু তৌবা য়ারমদে। অসুম্না হায়নৈ, ইজিপতগী লাকপা মীশিংনা মখোয়গী অসিনা হুকচাংবু ভারত্তা শাবা অপাবা ফীনা য়োমশিল্লমই; ফী অদু ভারত্তা ফংবা নীমনা মচু শংলমই। থাইনগী ওইনা ফংবা পোৎলক্তা মখল কয়াগী গ্রাসসু ফংলমই। গ্রীক্কী এম্বেশেদার মেগাষ্টিনিসনা ঐখোয়দা হায়রম্মী; "ভারত্তা লৈবা মীশিংনা ফজবা অরু-অহেন য়াম্না পামলমই; কনাগুম্বা অমগী মশাগী অৱাংবা হেনগৎনবা খোংউপ মখল অমসু শীজিন্নরমই।

মৌর্য্য মনুংদা অরু-অহেন য়াম্না হেনগৎলমই। মীওইবগী পুন্সিগী য়ুম্বান মখল মথেল নায়রমই; থোয়দোক হেন্দোক্না চাওখৎলমই; য়াম্না চেকশিননা য়ুম্বান্নরমই। হোটেল, মীথুংফম, অচাঅথক য়োনফম, চেকপন্না কোয়শিনবা চাফম-মীথুংফম শান্নফম অঙম-অথৌ লৈফম নিপীতগী লৈফম-জগোই ঈশৈ শকফম য়াওনা তোঙান তোঙানবা দলান অচৌবা দলান পুন্না লৈবা মফম, মখল খুদিংগী শান্নফম, মশীং লাকঙমদনা শারম্মী; জাত্তি কাংলুপ কাংলুপকী,খুৎশাহৈবা কাংবু কাংবুগী ইন্নফম, ময়ামগী চাফম লৈরমই। তোঙান তোঙানবা কাংলুপকী জগোয়শাবা, ঈশৈশকপা, দ্রামা-য়াওবা য়াওবীশিংনা পুন্সি নিংথিনা লেন্নবা মতিকচানা শেন ফংনরমই। জগোয় শাবা, ঈশৈশকপা নচিংবা কাংবুনা খুন খুলদা ফাওবা কোয়চৎ চৎলমই; জগোই ঈশৈ -লীলা উৎফম অচৌবা হোলশিং অসি মতমদুদা লৈবা মীশিংগী য়ুম্বান কৈবানগী ফীবমদগী কা য়াম্না চাওবনা চাওখৎপা হেনমন্না উবনা মতিক চানরমদে হায়না অর্থ শাস্ত্র ইবনা য়ানিংদবা উৎলমই। মীয়াম প্রজাগী নুংঙাইনবা লীলা-ফলা তৌবদা য়ানিংদবা মীওইশিংবু দণ্ড তৌরমই। মতম মতমগী দ্রামা, লীলা, বোক্সিং, য়ৈন-শুনবা, শা-ঙাগী কুম্মৈ উৎননবা, ইকোই-কোইশিন্না ভাবক্না য়েংবা য়ানবা, চাওনা নুং-চেক্না কোয়শিনবা কুম্মৈ উৎফম (এম্ফিঠিয়েটর) নিংথৌনা শারমই; তোঙান তোঙানবা মঙংগী কুম্মৈ অঙক-অঙকপা পোৎ-লাই উৎলরমই; লম্বীদা কুম্মৈ মতমদা মৈ ঙান্না থাল্লমই।" নিংথৌ (লৈম-নিংথৌ) য়াওনা অঙম অথৌ প্রজাশিংনা শাংনা শাংনা লেংদুনা লম্বীদা চৎলম্মী; শা-তাল্লমই।

সম্রাজ অসিগী মনুংদা মী য়ান্না তাবা সহর কায়ামরুম লৈরমই; সহরশিং অদুগী মনুংদা মরুওইবদি কোনুং ওইরিবা পাটলিপ্রতভ্রনি; মসি য়ান্না ফজবা সহরনি গঙ্গা তুরেল মতুংইন্না সহর 'সি শন্দোকপ্রি মফম অসি শোন তুরেলগা তিন্নফমনি (হৌজিক পাযনা কৌনরিবা মফমনি )। মফম অসিবু মেগাষ্টোনিসনা শন্দোক্লা অসুন্না ইরমই, "তুরেল অসিগা (গঙ্গাগা ) অতোপ্পা তুরেলগা তিন্নফমদা পালিবোথ্রা কৌবা অচৌবা সহর অসি লৈ; সহর অসি ময়ুংদা ষ্টডিয়া ৮০ (মাইল ৯.২) শাংই, মরাক্তা ষ্টডিয়া ১৫ (মাইল ১.৭) পাকই। সহর অসি মরাক ময়ুং নাই, উগী পলনা কোয়শিল্লি মরক মরক্তা তেন কাপথোক্লবা অহোবা মখুন কয়ামরুম য়াওই। সহরগী ফত্তহৌদি পৈশিন্নবা সহর ঙাকথোক্লবা সহরগী মমাংদা থাঙ্গপাৎ তৌরমই। থাঙ্গপাৎনা সহরসি ইকোই কোইশিল্লমই; থাঙ্গপাৎ অসি মরাক্তা ফুট ৬০০ পাকই, খুদুপ ৩০ লুই, চেকপন অকোয়বদা অবাংবা টৱার ৫৭০ শাই, থোংগান ৪৬০ ফাগনি।

চাওরবা পন অকোয়বদা উপাক্লা শাবদা নত্তনা মরক মরক্তা লৈরিবা য়ুমশিং অদুসু উ-উপাক্লা শাই। মফম অসি য়ুহারাগনবা মফম ওইবনা য়ুহারাবদা তেক্তকায়দনবা খুড শেনবা ওইনা উ-উবাক্লা শাবনি। ১৯৩৪ দা বিহারদা থোকখিবা অচৌবা য়ুহারাবা অদুনা মফম অসি য়ুহারারনবা মফমনি হায়বা ঐখোয়দা তাকলি। য়ুম অয়ান্বা উনা শাব ঙাক ওইবনা মৈহৌ-লাংপোক থোক্তনবা পাকচাওনা ঙাকশেল্লমই। য়ুম খুদিংদা কৈরাক, তোটি, ঈশিং থন্না হাপ্পা পাত্রা থমলমই।

পাটলিপুত্রদা প্রজানা খনবা মুনিসিপালিটি লৈবমই। মুনিসিপালিটিদা মেম্বর ৩০ লৈরমই, মেম্বর ৫/৫ না শাবা কমিটি অমমমদা খুৎশা-হৈবা, কোন কারখানা, শিবা-পোকপা, পোৎচৈ-শাবা, লংফৈ চৎপা, তীর্থ চৎপশিংগীদমক শেমশাবনচিংবগী থবক পুরমই। মুনিসিপালগী কাউন্সিলনা শেছুমগী থবক, হকচাং ফনা নান্না থম্নবা, ঈশিং পীনবা, সবকারগী য়ুমকৈ দলান অমদি হৈকোন লৈকোন য়েংশিনবগী থবকসু তৌবমই।

# মরিগুবা পন্দুপ

## তরামাপলগুবা তাংকক

# বুদ্ধগী পাওতাক

ভারতবর্ষগী শক্তমদা অহোংবা পুরকইবা রাজনিতি অমসুং ধর্ম্মনিতিগী ইহৌ মরুমদা, হান্ননা উফম তাদুনা লৈরবা ধর্ম্মগা পকশিন্নরা অমদি ধর্ম্ম মশাদা য়াওরিবা মরুওইবা পামহন্নবা শরুক্তা য়েৎন-য়েৎননা, বুদ্ধধর্ম্মনা মচিন তুম্না ফাওগৎলমই। মতমপুম্বদা ভারত্তা য়াম্না পান্নবা খন্ন-নৈনবা, মরৈ য়েৎনবা অদুদগী য়াম্না হেন্না বুদ্ধ মশামক্কী মগুণ, পাকশন্নবা মশোক মঙায়া ভারত্তা লৈবা মী পুম্নমকপু শুক্নৎলম্মী; মহাক্কী শক্তমনা মী পুম্নমক্কী ৱাখলদা নৌনা মমি তারম্মী। লিরবসু য়াম্না নৌনা ইনৌত নৌনা থোকপা, প্রকৃতিগী কুপ্পা ফজবা অচুম্বা পাওতাকনা জ্ঞান লৈবা মীশিংগী ৱাখলবু শুক্নৎলম্মী, মীপুম্নমক্কী থম্মোয়দা লেংদবা অপাম্বা পোকহলমই। বুদ্ধনা মাগী শিষ্যশিংদা হায়রম্মী, "লৈবাক শিনবা থুংনা চৎলু, ঈশ্বরনা, পীবা পাওতাক শন্দোকউ। লাইববা অনংবা, ইনাকখুনবা অচৌবা পূমক্রমক অমতনি (চপ মান্নবনী) তুবেলশিংনা পুন্না সমুদ্রদা তিনবগুম জাত্তি-কাংলুপ তোঙান তোঙাল্লবসু ধর্ম্ম অসি চত্তুনা পুম্নমক অমতা ওইযু হায়না পাওচেন্নু।" পুম্নমকপু নুংশিনা, মীপুম্নমক্তা থৌজান হৈবা থৌজান উৎপা অসিনা মাগী পাওতাকনি। "সংসাবসিদা তুক্কচবনা তুক্কচববু কোকহনবা ঙম্লোই; নুংশিনবতনা তুক্কচববু কোকহনবা ঙমগনি; মীওইবনা থৌজান হৈবনা অশাববু লাকশিনগনি অফবা ৱাখলনা ফত্তববু নমহৎকনি।"

অচুম্ব চৎপা, মশাগী মবমচৎ ঙাক্না চৎপনা ফীদম্নফম্নি। "লান্‌ফমদা মী অমনা মী লিশিং অমবু খুদুম চনবা য়াই তৌইগুম্বসুং মশাবু মশানা ঙম্বা (জয় তৌবা) মী অদুনি খ্বাইদগী চাওবা লানঙম্বা মীদি।" "পোকলকপা জাৎনা নত্তে মহাক্কী মবমচৎ অদুতননি মী অমনা অতোনবা মী নত্রগা ব্রহ্মণ ওইবসে"। পাপ চেনবা মীবু তাথি-তাওইনা তৌরোইদবনি; মরমদি অবানবা থবক তৌবগুম্বা অশোকপা মফমদা থুম চায়শিন্নবগুম পাপকী থবক তৌবা মীঙোন্দা কনানা মশানা য়ানা অথিবা ৱাহৈ হায়বগে।" অমনা অমবু লাকচখুদুম চনবদি তুংদা নুংঙাইতবা ফল লাকই "লানঙম্বনা নুংশিহন্দবা তুক্কচবা পোকহল্লি, মবমদি মাইথিবদুদি মথৱাই শোক্না নুংঙাইতবনি।"

ধর্ম্মনা য়ানা, নত্রগা ঈশ্বরদা ইনশিন্দুনা নত্রগা অতোপ্পা সংসাব পন্দুনা, নত্তে, মহাক্না, মসি পুম্নমক শন্দোকইবসি। অচুম্বা, মরমচাবা, মশানা তাঞ্জবা জ্ঞান মহাক্কী থাজে; মীওইবনা মশানা খঞ্জবা মপুক্লিংগী অচুম্বদু থিজিন্নবা, মহাকনা হায়রম্মী। অসুম্না মহাক্না হায়রম্মী হায়, "শক মাই ব্যবাহর য়েংদুনা আইনবু কনামতনা চৎলোইদবনি; স্নাবু মৈদা চংদুনা চাং য়েংবগুম অহানবদা চাং য়েংথোক্কদবনি।" "অচুম্ববু খংজিন্নদবদ ৱাজগে নরান খুরম্বনি।" ঈশ্বর লৈব্রা, নত্রগা পুম্নমক-শুপ্পা কনাগুম্বা অমা লৈব্রা নত্রগা লৈতব্রা,. মহাক্না করিমতা হায়রমদে। মদু মহাক্না য়াবসু তৌরমদে য়াদবসু উৎলমদে। জ্ঞান্না লাম্বা ফংদ্রবদি অচুম-অরানগী অরেপ্পদু লেপথোক্কদবনি। ৱাহৈ অমগী পাওখুম পীবদা বুদ্ধনা অসুম্না হায়বমই হায়, "ঐখোয়না খংইবা পোৎকা মরী লৈনদবা করিগুম্বা অমা পুম্নমক্কী মপুনি হায়বদি, মরমচানা খন্দুনা জ্ঞান্না মহাক লৈ হায়না শাগৎপা ঙমদে। অরৈবগা মরী লৈনদবসু ঐখোয়না করম্না খংফম থোকইবনো ? ঐখোয়না খংইবসি মঙাই, সংসার অপুম্বা অসি, অমগা অমগা মরী লৈনবা ঙাকনি। মরী লৈনদবা, লৈনবা ঙমদবা, করিমতা ঐখোয়না খংদে।" ঐখোয়না উবা ঙমইবা, ঐখোয়না চপ চানা খংবা ঙমইবা, অদুফাওবতনি ঐখোয়না লমখৈ য়াংপা ঙমইবনি।

আত্মা লৈবগী মরমদা বুদ্ধসু অশেংবা পাওখুম অমতা পীরমদে। মাদুবু মহাক্না য়াদবসু তৌদে, মহাক্না য়াবসু তৌদে। য়াম্না খংনিংবা ৱাহৈ অসি, খন্নবা, মহাক্না য়ারমদে; মরমদি মহাক্কী মতমদা লৈরম্বা ভারতবাসিশিংগী ৱাখলদু, মী খুদিংদা আত্মা

লৈ, লোয়ননা অমতা ওইবা পবাত্মা লৈ, হায়না মচু শংলম্মী, মীওইবা পুন্সা চপ মান্নে, ঈশ্বর অমত্তনি অনিশুদে, লোয়ননা পোকপা, শিবা, মরমচাবা, অচুম্বা, চুমদবা জ্ঞান নৈনরোন-মতাংদা, অহানবা হৌফম ওইবা— ৱাখলনা চুন্নমই ভারতবাসিশিংগী মপুক্লিং। প্রকৃতিগী লেংদবা নিয়মগী মখাদা চৎপা খোংচৎ, জগৎ অসি ওইরকপা মরম, নহামুক্তী মপোক্লা মরী লৈনবা মীওইবগী মপোক, ধর্ম্ম লৈবগা নুংঙাই য়াইফবগা লৈনবা মরী, পাপকা অৱাবগা অনিগী থা-নবা য়াদ্রবা মরী-পূন্নমকসি মহাক্লা থাজরমই।

জ্ঞান্না তাশিল্লবা, সংসাবসিদা লৈরিবা মওং মতৌ, নিয়মবু ঐখোয়না শীজিন্নরি লোয়ননা ঐখোয়না হায় "মসিনি মসি নত্তে।" মশাগী ওইবা শক্তমগী - ৱাংমা হেক লানখিবগা পূন্নমক চুমদবা য়াই; অদুগা চপ-চানা থোকইবা থৌদোক অসি, শন্দোক্লা হায়নবা, মতিক চাবা লোন ৱাহৈ-ৱাতা, ঐখোয়গী লৈতে। ওইবা য়াই, য়াদে হায়বা অনিগী মরক্তা নত্রগা মদুগী ৱাংমদা মতাং চানা অচুম্বা লৈ। তুরেলনা চেন্থরি অতৎ-অখম নায়দনা, মিকুপ খুদিংদা উরি চপ মান্ননা, অদুম্মদি ওইবগা গুহাক লৈতনা হোংলি ঈশিংদি তুরেলগী। অদুমঙাই মৈসু। চাকলি মৈগী মৈবিনা; মওং মতৌ লেংদনা লৈরি মৈবিগী, অদুবু মৈবি অদু কদৌঙেদসু মান্নদে; মিকুপ খুদিং অহোংবা নায়বি, মৈরিনা। মবমসিনা পূন্নমক লেপ্ল লৈতনা হোংলি, তত্তনা চেন্থবা তুরেলগী লাওংদা পুন্সিসু অহোংবা নায়না চথরি। অশেংবা হায়বসি লেংদবা হোংদবা নত্তে; মশক মঙান লৈরবা পাঙ্গল, শক্তি য়াওরবা পোৎ, মতমপূন্বদা হোংবা নায়বিবনি মতমগী মতুংইন্না মবী লৈনবা, (মশম মশম্ননা) হোংবা ওনবা নায়বনি অচুম্বা অহোংবসু। মতমগী মওংসু থৌদোক থৌদোকী থৌদোক অদুগী থৌদোক অসিগী) চুম্নত ওইরকপা চৎনবোন্না, ওইহল্লকপা শক্তমনি। অহোংবা হায়রিবা পোৎকী লেংদবা মরূ লৈতবনা পোৎ নত্রগা থৌদোক অমনা অতোপ্পা পোৎ নত্রগা থৌদোক অমগী হৌবকফম মবম ওই হায়না ঐখোয়না হায়বা ঙমদে। পোৎশিংগী মবক্তা লৈবিবা হোংবা, তৎপা লৈতবা নিংয়ন্না, অমগা অমগা লৈনহল্লিবা মবী অদু, পোৎকী মরূনি। মিকুপ খুদিং হোংই ঐখোয়গী হকচাং ঐখোয়গী থৱাই (আত্মা) মাংখি থৱাই হকচাং অনিমক; মখোয়গা মান্ননা করিগুম্বদসু খেৎননা পোৎ অয়াম্বা থোরকই, পোকলকই, মাংখি, শিখি। ৱাখল অমবোমদা মতমপুম্বদা ঐখোয় শিবা নায় অদুগা অমুকসু হন্না পোকই; অসুম্না লেপ্পা লৈতনা, অমুক শিবা অমুক পোকপনা, তৎপা নায়দনা মান্নবা মবীবু থোকহল্লি। মতমচুপ্পদা অহোংবা হায়বা ইমান্দ মান্নবনা তৎপা লৈতনা চথবি। পোৎ পূন্নমক হোং হোংনা তত্তনা চত্থবি, লেংলি অহোংবা নায়বি।

ঐখোয়গী ৱাখলনা লাকশিনবদা মসি পূন্নমক লুনা থোকই; প্রকৃতিগী কুপ্লবা খোংচৎপু খন্ননবা, শন্দোক্লা পুথোক্লবা নিয়ম, ঐখোয়না শেম্নবা লাক্লগদবনি। বুদ্ধগী দর্শন শাস্ত্রনা ঐখোয়বু কয়াদা নকশিন্না হৌজিক মতমগী পোৎ ১সুং পাঙ্গল (ফিজিক্স) অমসুং মতমগী দর্শনশাস্ত্রগী ৱাখল তান্না পুশিল্লকইবনা হায়বসি শিংথানবা য়াবনি।

বুদ্ধগী ৱাখল অসি মীওইবগী ৱাখলবু কুপ্পা নৈনবা মওংদা খল্লমলবনি অদুগ্য অমুকসু মতমগী বিজ্ঞানগী খ্বাইদগী কোনবা শরুক্তা মনুংথিৎনা, কয়াদা, কুপশিন্না, খল্লমখ্রবনো হায়বা ফংবদা ঙক্লা থোকই। মতমপুম্বদা লেংদনা লৈবা, পবাত্মাগা, করিগুম্বা মবী অমতা লৈনদনা মীওইবগী পুন্সিবু চাংয়েংলমই, পুন্সিগী মরমদা খল্লমই; অদুগা অসিগুম্বা লেংদ্রবসিনা করিগুম্বা লৈবম্না থোক্লবসু মদু ঐখোয়গী জ্ঞানগী ৱাখলগী ৱাংমদা লৈরি। ৱাখলবু ঐখোয়গী হকচাংগী শরুক অমা ওইনা অমদি ৱাখল খনবা গুম্বা শক্তি অমা ওইনা য়েংলমই। তোঙান তোঙানবা ৱাখলবু মপুন অমা ওইনা, পুনশিনবনা, মীওইবা অমবু অমা ওই; অদুগুম্বা ৱাখলগী তৎন-থানবা লৈত্রবা ইচেন্না পবমাত্মা ওই ঐখোয়না ওইবিবা ফীবম অসি ঐখোয়না খনবগী ফলনি।

মীওইনা পোকপা পুন্সিদা ফংইবা অৱা-অনংগী মবমদা য়াম্না কনশিন্না হায়, বুদ্ধনা হায়বম্বা "অথোয়বা অচুম্বা মবি " হায়বা অদুমক, অৱা-অনাগী মবমদা ঙাক্লি, -অৱা-অনংগী হৌফম, থোকহন্দনবা, ওইবা য়াবা অমদি মদুগী মবমদা তৌবা য়াবা, থবক চথবা য়াবা লন্নী। শিষ্যশিংদা ৱা ঙাংবদা মহাক্লা অসুম্না হায়বম্মী। হায়, "চহি নুংশাংনা পুন্সিদুনা মসি (অৱাবসি) নহাক্লা ফংলবদা নমিত্তগী নপী শিঙ্গগনি নহাক্লা, চাওরবা সমুদ্রা মবিগী ঈশিংদগী হেন্না নপী শিঙ্গনা কপকনি; মবমসিনা মসি নহাক্লা তুক্লচবা খনগদবনি; মসিমক নহাক্কী তৌফম থোকপা শকক্লি।"

অসিগুম্বা অৱাবগী শরুক্তগী লাম্থোকলবতদা 'নির্ব্বান' ফংগদবনি। নির্ব্বান করিনো হায়বসিগী মতাংদা, মী অয়াম্বা মত খেৎনৈ, মবমদি মীওইবগী ৱাখল অমসুং থবক্কী ৱাংমদা লৈত্রবা মওংবু ঐখোয়গী মতিকচাবা লোন্না, অমদি ঙমখৈ

নায়বা ৱাখলগী খনবা ঙম্বা শরুক্লা, ফোংদোকপা ওইথোক্তবনি। কনাগুম্বনা হায় মসি শিববুনি, নুংশাম্বব হোন্দবনি। তৌইগুম্বসুং মসি বুদ্ধনা য়াবমদে হায়, মহাক্লা হায়বসি মসি মকওইবা মখলগী শক্তি অমনি হায়। মাসি শিবা, লোয়শিনববু নত্তে, অবানবা ইন্দ্রিগী অপাম্ববু মুখৎপনি; তৌইগুম্বসুং ওন্নতৈনবা, য়াদবা মওংদা নত্তনা, ঐখোয়না মসিবু ফোংদোকপা ঙমদে।

ইন্দ্রি পেলহনবগী নুংঙাইবা, অমসুং থম্মোই-শোক্লা ৱাবগী অবোইবা থাক, অনিগী ময়াই ওইবা শকক্লা, বুদ্ধগী লম্বীনি। হকচাংগী খমথেংনা ৱাবদু খংদুনা মহাক্লা হায় মপাঙ্গল যাওদ্রবা মীনা, অচুম্বা লমদা চাওখৎপা ঙমদে। ময়াই-লম্বী অসি আর্য্যশিগী নিপান থোক্লা থুপচিল্লবা লম্বীনি; অচুম্বা মওংদা থাজবা, অচুম্বা মাইকৈদা আশা তৌবা, অচুম্বা ঙাংবা, অচুম্বা লমচৎ-শাজৎ, অচুম্বা নিয়ম ঙাক্লা হিংবা, অচুম্বা মাইকৈদা হোৎনবা, অচুম্বদমক খনবা, অমসুং অশেংবা নুংঙাইবা। মসি অতোপ্পগী থৌজানগী ৱা নত্তে; মশানা হোৎনজমন চাওখৎলকপা নুংঙাইজবগী ৱানি। মাইকৈ অশোমদা হোৎনদুনা মাই পাক্লবা মী অদু মশাবু খুদুম চনজববনি, মাহাকপু কনা'মতনা মাইথিবা পীবা ঙম্লবোইদবনি। মশাবু মশানা মাইথিবা পীজববা মীদুগী লানঙম ফীবানবু লাইমকনা ওষ্থোক্তুনা মমাই ফীকক খুমহনবা ঙম্হল্লবোইদবনি।

শিষ্যশিংনা খংবা ঙমগদবা, চৎপা ঙমগদবা অদুতমক বুদ্ধনা খল্লগা মহাক্কী শিষ্যশিংদা তাক্লমই। পোৎ পূম্নমকপু মপুংফানা শন্দোক্লা তাকপা, লৈবিবা পূম্নমকপু মপুংফানা শক্তম উৎপবু, তৌদবা য়াদবনি হায়দে মহাক্কী পাওতাক্তা। অসুম্লা হায়নৈ নোংমা মহাক্লা ঐনা অফংবা খবা মখুৎনা পায়খৎলগা মহাক্কী চাল্লবা শিষ্য আনন্দদা হায়বম্মী, "মহাক্কী মখুত্তা পায়বিবা অদু নত্তবা উনা অতৈসু লৈবিব্রা" ? আনন্দনা খুমলম্মী, " হেমন্ত ঋতুগী মতমদা কেনবা উনা ময়াম অমা মাইকৈ মবিদা অদুনা লৈবি, পাযবিবা অদুগুম্বা মশীং লাকঙমদবা কয়া অমসু লৈবি।" মদু তাবদা বুদ্ধনা হায়বম্মী, "মতৌ অদুগুম্লা অচুম্বা খুজোক অমতনি নখোয়দা ঐহাক্লা পীবিবসি, মদুত নত্তনা অতৈ অচুম্বা লিশিং কয়া অমা মশীং লাকঙমদনা লৈবি।"

# মরিশুবা পন্দুপ

## কুনশুবা তাংকক

# বুদ্ধগী ৱারী

ঐহাক্না অঙাং য়াম্না ওইবিঙেদা বুদ্ধগী ৱাবীনা ঐহাকপু শুক্কৎলম্মী; মশাগী ওইবা, লাম্বেং কয়া, মাযোক য়াববা তুংদা, অৱা-অনা কযা ফংলবা তুংদা, জ্ঞান লাক্কুনা বুদ্ধ ওইখ্রবা, অঙাং ওইবিবা সিদ্ধার্থগী ৱাবীদা ঐহাক পুক্নিং লুপলম্মী। এডৱিন অর্নোল্ডনা ইবা 'লাইট ওফ এশিয়া' ঐহাক্না পামজবা লাইবিকশিংগী মনুংদা অমনি। চহি কয়াগী মতুংদা, ঐখোয়গী লৈবাক্তা, ঐহাক্না মফমশিনবা থুংনা, কোয়বা মতমদা, বুদ্ধগী ৱাবিগী মবি লৈনবা মফম কয়া ঐহাক্না যেংনিংলমই; লম্ফাংলবা ৱাখলগী মদুনা লমজিং ওইবম্মী। মফমশিং অদুগী অযাম্বা মফমদি ঐনা লৈবিবা প্রদেশকীমনুংদা লৈবা ঙাক্লি; মদুদগী য়াম্না লাপ্পা নত্তে। মফমসিদা (পোলগী ঙমখৈদা) বুদ্ধ পোক্লমই; মফমশিদা মহাক্না কোয়বমই, মফমশিদা (বিহাবদা লৈবা গযাদা) বোধি উপাস্বীগী মখাদা মহাক্না ফন্নমই, মহাক্না জ্ঞান ফংখি, মফম অসিদা মহাক্কী অনৌবা পাওতাক মহাক্না শন্দোকখি, মফমশিদা মহাক নোঙ্গাখি।

বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা, ধর্ম্ম অসিনা মকওইবা, লৈবাক কয়াদা ঐহাক্না কোয়না চত্তুনা যেংবদা মফমদুদা লৈবা লাইশং লাইনিংফম কয়া য়েংবা, ঐহাক্না চৎলম্মী, লম্বোইবা অমদি অতোপ্পা মী ওই কয়া উয়বম্মী, মীওইবগীদমক্তা ধর্ম্ম অসিনা, কবি তৌবম্বগে হায়বদু খংনবা লাক্লবমই। মদুনা মখোয়বু কযা কন্না লাকশিল্লম্বা, মদুনা মখোযগী ৱাখলদা, মশানা, কবি খলহল্লম্বা, মদুনা হৌজিক মতমগী পুন্সিনা কবি কান্নহল্লম্বা ? ঐহাক্না পামদবা কোঙ্গাইসু যাওবর্ম্মী। কান্নদবা ৱাবেম ৱাচোয কযানা, উসব-মেলা কযানা, নিযম ফাননবা আইন কয়ানা, প্রকৃতিগী অচুম্বা নিয়ম কযানা, অমদি মিত্রং কযানা নমহৎলম্মী, মবমচাববা লমচৎ শাজৎকী নিয়মু, বুদ্ধনা হায়না হায়না। ফত্তবা থোকলক্কদৌবদু বুদ্ধনা মাংজৌননা হায়বল্লবা ফাওবদা মখোয়না, মহাক্না হায়বা, ইন্দে, লাইশং কয়াদা অতৈ মফম কয়াদা লৈবা মহাক্কী চাওববা মূর্ত্তিনা, ঐঙোন্দা লুবাক্লনা য়েংথবমই; মহাক্না খল্লিবদু কবিবুনো খনবদা ঐহাক ইতোমতা ঙকচবমই। লম্বোইবা অয়াম্বা অপংবা মী ঙাক্কনি, মখোয়না কা হেয়্না চাওথোকচনিংই, মখোয়দতা নত্তনা মখোযনা শেৎ-চাবিবা মফীমবোন্দা ফাওবা কোকনোন্না খুবমহন্নিংই। লৈবাক খুদিংদা জাত্তি অদুগী শক্তম, ধর্ম্মদা মমি তাবা ঙাক্লি, যুম্বান কৈবান, লোনচৎ-শাজৎ তোপ-তোপ্পা তোঙানবা, মতুংইন্না, শক্তম লেপ্পা ঙাক্লি। মসি পূম্নমক মশানা তাজবা খুৎশেম্নি, (শম্না মঁফৈ অমা, লম্ফৈ চৎপা য়াদমখৈ) থাবা য়াদ্রবা চাওখৎখোংচৎনি।

তোইগুম্বসুং ঐহাক্না পামজবা কয়াসু ঐহাক্না উই। বৌদ্ধগী লাইশংশিংদা, অমদি লাইশংশিংগা লোয়ননা লৈবা, লাইবিক তমফমশিংদা, ৱাখল কুপ্প খম্ববা, শান্তি ওইনা লাইবিক তম্বগী শক্তম অমা লৈবমই। লম্বোইবশিংগী যাইথোংদা অতপ্পা, অইংবা, শকফম উবম্মী, চাওথোক্চবা, চীংলেম্বা, সংসাবগী অৱা-অনা য়াওদবা, তোঙানবা শকফম লৈবা উই। মসি পূম্নমক ঙসিগী পুন্সিগা চানবিব্রা নত্রগা মদুদগী লাম্বোক্তুনা তোঙাম্না তোপ্পা লৈপ্রব্রা ? লেপ্পা লৈতবা পুন্সিগী লানফমদা, মসি চন্নবা য়াবিব্রা ? ঐখোয়বু ৱাহল্লিবা হিংসা, ওইজবা থিবা, অমসুং লমচৎ নায়দবা শাজৎপু মসিনা কোকহনগদৌরিব্রা ?

ঐহাক্কী পুন্সিগী খোংচত্তা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী ফত্তবা শকক্কা চাননদে; পুন্সিগী থৌদোক অমদি খোংচত্তা মসিনা চংশিল্লক্কদবসু মান্দে। ঐগী ৱাখলনা পাম্বা লমজিংমতুংইন্না ঐহাক্তি ধর্ম্ম পূম্নমকপু থাজদবা মীনি; মীওইবা অমা ওইবগী ফংফম থোকপা অমদি প্রকৃতিনা পীবা নুংঙাই য়াইফববুদি পাম্বা, পোকপদগী তমলকপা পুন্সিগী খোংচৎকদি মুক্রদবা তায়ওন্নবা চৎতবা, ধর্ম্ম

পুন্নমকপু থাজদবা মীনি। ঐহাক্না থেংনবকপা পুন্নমক্না, ঐগী অকোয়বদা ঐহাক্না উবকপা পুন্নমক্না অৱাবা-অশোকপা কয়া ওইববসু মদুনা ঐহাক্কী -ৱাখলদা ইশাদা ওন্থহনবা পোকহন্দে।

বৌদ্ধ ধর্ম্ম অসি কনাগীসু মাংনবা তৌদ্রবা, ফত্তবা থোকলক্কদবতা হান্না খনব্রা ? মসিবু অসুম্না হনবা য়াই, "ধর্ম্ম অসিবু থাজদুনা চৎলিবশিংনা অর্থ অদুমক পুবম্বা য়াই। মসিগী অচুম চুমদ বিচাব তৌবা-ঙম্বা, মমৈদা লম্ফাংলকপা অমদি প্রকৃতিগী চাওথোবকপা খোংচৎকী অচুম অবান থিজিনবদা ঐহাক মতিক চাজদে। অদুগা ঐহাক্না বুদ্ধগী মবমদা খন্থক্ববদা অসিগুম্বা ৱাখল পোক্কে; কনাগীসু মাংনবা তৌদ্রবা ফত্তবতবু হান্না খল্লবা অদুগুম্বা শকক্না য়ুম্ফম ওইববা ধর্ম্মনা, মীওইবগী জাত্তদি পোক্লগা মীথোই মীহেনবা কয়া য়াওববা মী কয়াবু অশুক খুদুম চেৎনা পায়শিনবা ঙমইবনো হাযবদু ঐহাক্না খনবদা খনফম থোক্কে (ৱাখলনা লান্বা ফংদে)।

নুংপাক্তা, মার্ব্বলদা, পিথ্রাইদা, মশীং লাকঙমদ্রবা ফজববা খুৎইনা মওং শুনা (মসিমক ঙাইবে খনবা মওংদা) হক্তুনা ইববা বুদ্ধগী ৱাখল পবেংনা ভাবত পূন্নগী ৱাখলগী শক্তমসু লাকশিল্লি নত্রগা ভাবতকী ওইবা ৱাখলগী মপুংফানা, মকওইববা শককপু শেংনা উৎলি। লৈবাং থন্নাল থক্তা ফমদুনা, ইংনা শান্তি ওইনা, অপাম্বা, মীহৌবগী ৱাংমদা, সংসাবগী অপাম্বা অচা ওবম কাবা তান্নবগী নোংলৈ নুংশিৎ ৱাংমদা, ফংঙমদ্রবা জ্ঞানগী মশোক মঙানগা লোয়ননা, যৌঙমদ্রবা মীওইবগী থাক য়ৌবগুম, মহাক্না লৈবি। অদুগা অমুকসু ঐখোযগী জ্ঞান্না লান্না ফংবা অপাম্বা মিহৌবদগী হেন্না কল্লবা ঙক্লবা অপাম্বা মিহৌবগী শক্তম ৱাংমদা তুমিন্না চীংলেম্না লৈবদু ঐখোয়না উবি। মহাক্কী মমিৎ অনিমক উইশিল্লি অদুবু উইশিল্লবা মমিৎ অসিদগী ৱাখলগী কল্লবা শক্তি থোবকলি, চাক্লবা মৈবিনা থল্লবা মকওইবা পাঙ্গলগী শক্তম পুববা। চহি কয়া হৌখ্রে অদুবু বুদ্ধদি থোয়না লাপথোকপা লৈত্রি, মহাক্কী শোন্থাংনববা খোঞ্জেন্না ঐখোযগী নাকোংদা নাপচিক্লা মুকমক শোল্লি, ঐখোয়দা হায়বি থবক্কী লানফমদগী মাইওন্দুনা চেংগনু, অইংবা ৱাখলগী মিৎযেংগা লোযননা মাইবোং যাও, চাওখৎপা অমদি চাওখৎ খোংথাংগীদমক পুন্সিদা থোক্লকপা যাবা খ্বাইদগী খুদোংচাবা অদু যেংউ, ঙাইয়ু।

মাংদসু, তুংদসু ঙসিসু মশাগী মতিক মগুণনা মীশক তাক্লি, বুদ্ধনা তৌবগুম্না মীওইবা জাত্তিগী ৱাখলদা মশামক লুপ্পবা, মহাককী বাখলগী মবমদা ঙসিফাওবদা শোন্নবা, ঙাংনবা, লেপত্রিবা, হিংদুনা লৈবগুম থন্নবিবা অদুগুম্বা মী মহাক অদু অঙকপা মীনি - বার্ডনা হাযবগুম "মী মহাক অদু, অইংবা, যেংবদা নুংশিবা ফাওনা চীংলেম্বা, লেংলি পাল্লিবা পুন্নমক্কি মফমদা ইনৌদ নৌবা, অৱা অনা তাববা পুন্নমক্কী মফমদা থৌজান হৈবা, ফজবা লমচৎ শাজৎনা মপুং ফানা নিংতমহনবা অবানবা ৱাখলনা, হান্না মাংওইনবা য়াওদবা, মীনি।" অসিগুম্বা মীথোই-মীহেনবা মখলগী মীওই থোকহনবা জাত্তি অমদি কাংবু অদুগী শোয়দনা লৈফম থোকই ৱাংলবা ৱাখলগী (মকওইবা জ্ঞান) অমসুং ৱাখল শীজিন্নবা ঙম্বা শক্তি।

# মরিশুবা পন্দুপ

## কুনমাথোইশুবা তাংকক

## আশোক

চন্দ্রগুপ্ত কৌর্য্যনা শেমগৎলম্বা ভারত অমসুং নোংচুপ পৃথিবীগা অনিগী লৈনবা মরী, মহাক্কী মচানিপা বিন্দু শারানা পানবা মতম ফাওবা চত্থরমই। ইজিপ্তা লৈবা পোলেমী লৈবাক্তগী রাজদুত কয়া অমদি নোংচুপ এশিয়াগী সেলিউকস নিকেটরগী মচা মাগী উত্তরাধিকা, এন্টিওকস, পাটলিপুত্রদা লৈবা মহাক্কী কোর্টতা লাক্লমই। চন্দ্রগুপ্তগী মশুনিপা আশোক্লা মরী অদু হেন্না চেৎশিলহল্মী, বৌদ্ধ ধর্ম্মনা য়াম্না থুনা শন্দোরকপনা, মহাক্লা পানবা মতমদা ভারত অসি জাত্তি পুম্নমক্কী ময়াই থোকপা মরুওইবা মফম ওইরম্মী।

খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ২৭৩ ৱাৎলিঁঙেদা চাওরবা সম্রাজ অসিগী অশোক্লা নিংথৌরেন ওইরমই। হান্নসু অৱাং নোংচুপ লমদমগী মহাক্লা ভাইসরোই ওইরমই; ইউনিভরসিতিগী ময়াই থোকপা তাক্সিলা লমদমদুগী কোনুং ওইরম্মী। সম্রাজ অদু ইণ্ডিয়াগী অয়ান্বা শরুক য়াওনা মধ্য এশিয়া ফাওবা শন্দোকলম্মী। খা-নোংপোক থংবা অমসুং খাগী শরুক খরদি মনুং চল্লমদে। মরুওইবা সবকার অমগী মখাদা ভারত অপুম্বা অমত ওইনা পুনশিনবগী কুইববা মংনা আশোকপু লাংতক্লহল্লমই মরমসিনা নোংপোকথংবা সমুদ্র মপান্দা লৈবা কলিঙ্গদেশ চাওরাক্লা হৌজিক্কী উরিষা অমসুং অন্ধ্রগী শরুক খরা কয়া তৌনবা লাক্লবম্মী। কলিঙ্গগী প্রজানা থৌনা ফনা লাক্লফানবা ওমদনা মায়োক য়ানা য়ানা লাম্মীনা লান ওম্লম্মী। লান অদুদা মী য়াম্না কা হেন্না শিরমই; পাও অদু আশোক্লা তাবদা মহাক মথৱাই নুংঙাইরমদে, লান শোক্লববু তুক্কচবমই। ইতিহাসতা য়াওবিবা ফীবান থেৎলবা নিংথৌশীং কেপ্তেনশিংগী মরক্তা থ্বাইগা ইমান মান্নদনা, লান ওমগদবা লৈরবা ফাওবদা লান শোক্লবগী থবক থাদোক্লগে হায়না মহাক্লা লেপ্লম্মী। ভারতকী খা-মতোন থংবা শরুক নত্তনা ভাবত অপুম্বনা মহাক্কী মখাদা লৈবা য়ানরম্মী। মতোন অদুসু লৌশিনগে হায়রবদি লৌশিনবা য়াবনি। লৈবাক জয় তৌবা অমদি থৌনা উৎপনচিংবা মবম কয়াদা বুদ্ধনা পিবা পাওতাক্কী মখাপোনখিবনা মহাক্কী ৱাখলনা, মখাতানা লান্দাবগী থবক মহাক্লা লেপখিরমই।

আশোক্লা করি খনখিবা, করম তৌখিবা হায়বা পুম্নমক মহাক্ক মশামক্লা হায়দোকখিবা মহাক্কী মৱাহৈদগী অমদি ধাতু মপাক্তা নুংপাক্তা ইরম্বা (হকতুনা) মাগী ৱাহৈদগী ঐখোয়না খংই। মহাক্লা হায়রম্বা ইরম্বা ৱাহৈশিং অসি ভারত শিনবা থুংনা শন্দোকখি, হৌজিকমকসু ঐখোয়না উরি, ইদুনা লৈথৌরিবা শরুকশিংসিনা শন্দোকলি মহাক্কী ৱাহৈ ৱাতা মাগী প্রজাশিংদা অমদি তুংদা লাক্লিবা মীরোন কয়াদা। মহাক্লা হায়রম্বশিং অদুগী মনুংদা অদি অসুম্না হায়ঃ—

"চহি নিপান মহাক্লা লাই নিংদুনা লৈরিঁঙেদা থৌজান হৈবা মপু ঈশ্বর মক্লা কলিঙ্গ জয় তৌরমই। মী লিশিং চামা য়াঙ্খে বন্দি ওইনা ফাদুনা পুরকই, লিশিং চামা অমবু হাৎখি মসিদগী হেন্বা মী কয়া 'মা শিখি।"

"কলিঙ্গ হেক লৌশিনবগা থৌজান হৈবা মপুনা ধর্ম্মগী নিয়ম ঙাক্লিংলমই লোয়ননা ধর্ম্মবু নুংশিবা, ধর্ম্মবু থম্মোইনুংদা লেংদনা চেৎনা থমহন্নিংলমই। মহৌশা জয় তৌবা ওমখিদবা লৈবাকপু জয় তৌবদা, হাৎনবা, শিনবা, বন্দি ওইনা মী কয়া ফাবা মহৌশানা থোকপা তারম্মী। মরমদুনা কলিঙ্গ জয় তৌবনা ঈশ্বরদা নুংঙাইতবা পোকলম্মী। মসিনা ঈশ্বরগী মফমদা হায়দোকপা ওমদনা ৱানা নুংঙাইতবা থৌদোক অমা ওইনা থোকখি।"

ইরমইবসিনা অসুম্নসু হায়, মী হাৎপা, বন্দি থম্বা, কলিঙ্গনা মী চাম-চাম, লিশিং লিশিং হাৎখিবা, বন্দি থমখিবা, অদু আশোক্লা কুইনা খাংবা ওমখিদে। আশোক্লা হায়, "অচুম্বা (জয় তৌবা) লানওম্বা ধর্ম্মনা খুৎলায় ওইদুনা মীওইবগী থম্মোইবু জয় তৌবনি, অসুম্না অচুম্বা লানওম্বসি মহাক্কী মরৈবাক্তদা নত্তনা লাপ্পা লৈপ্রবা লৈবাক কয়াসু থোকপ্রবনি।

অদুগী মথক্তা, মাঙোন্দা (আশোক্রা) কনাগুম্বনা অরানবা থবক তৌরকলবদি, খাংবা য়াবমখৈ পূন্নমক্কী মপুওইরিবা ঈশ্বরনা ঙাকপী,খাংবী। মহাক্কী (আশোক্কী) লৈবাক্তা লৈবা জঙ্গলগী মীওইশিংগী মফমদা ঈশ্বরনা থৌজানগী মিৎয়েংনা য়েংবী, মহাক্রা (আশোক্রা) মখোয়বু অচুম্বা মাইকৈদা খলহন্নবা হোৎনৈ, মরমদি, মদুমক তৌদ্রবদি, ঈশ্বরদা নিংঙমদবা লাক্কনি। মরমদি থৱাইপানবা জীব পূন্নমক্রা তেজ-কায়দনা, ইন্দ্রি খুদুম চন্না, মপুক্লিং তপ্পা, মথৱাই নুংঙাইনা লৈবদু ঈশ্বরনা পামই।

ভারত্তা অমদি এশিয়াগী মফম পূন্নমক্তা লৈবা মীশিংনা নুংশিববা অঙকপা নিংথৌ অসিনা বুদ্ধগী পাওতাক শন্দোকপদা মশামক মথৱাই য়াওনা হোৎনবমই , অচুম্বা-অফবা তৌবদা প্রজাশিংগী ফনবা, নুংঙাইবা লৈবাক্কী থবক তৌবদা মপুক্লিং চংলম্মী। থোকইবা থৌদোকশিংবু মহাক্রা য়েংশিন্দবা তৌদে, মশাগী চাওখৎনবা, লাইনিংবা মহাক্রা মপুক্লিং চংলম্মী। লৈবাক প্রজাগী থবক্তা মহাক্রা কন্না নোমলম্মী, মতম পূন্নমক্তা মদুগীদমক্তা মহাক্রা শেম শাই হায়না মহাক্রা লাওথোকলম্মী ঃ"মতম পূন্নমক্তা, মফম পূন্নমক্তা, ঐহাক্রা চাকপু চাববসু, নিপীশিংগী কাদা লৈববসু, তম্ফমকাদা লৈববসু, অবোনবা কাদা লৈববসু, ঐগী গাড়ীদা তোংলবসু, নত্রগা ঐগী কোনুং-লৈকোম্নুংদা লৈববসু, রিপোর্ট পীবা অফিসর্কী থবক তৌবা কাংবুনা প্রজাগী থবক পূন্নমকপু ঐঙোন্দা ইতা তাহনগদবনি ........ পুংজা খুদিং, মফম খুদিং লৈবাক প্রজাগী যাইফ-নুংঙাইনবগীদমক ঐহাক্রা থবক নোমগনি।"

মহাক্রা তবান্না ওকপা পাও অমদি বুদ্ধগী পাওজেন পুদুনা মহাক্কী পাও পুবা মীশিংনা, বাজদুতশিংনা স্যবিয়া, ইজিপ, মেসেডোনিয়া, সাইবেন, ইপীবস তান্না চৎলম্মী। মধ্য এশিয়া, ধক্ষা, শ্যাম তান্না মখোয়না চৎলম্মী, মাহাক্কী মচা নিপা-নিপী, মহেন্দ্র অমসুং সঙ্ঘমিত্রবু খাবোমদা সিংহল তান্না মহাক্রা থাবম্মী। মফম পূন্নমক্তা মীওইবশিংগী পুক্লিং অমসুং থম্মোইদা আপিল তৌবর্ম-, লম -হেনবা, শক্তি শীজিন্নবা তৌবমদে। মহাক মশামক মথৱাই যাওবা বুদ্ধ লম্বোইবা অমা ওইনা অতৈ অতোপ্পা ধর্ম্মশিংবু লূনা তৌবম্মী মান মার্য্যাদা উৎলম্মী। অইবা ৱাবেং অমদা মহাক্রা লাওথোক্লমই ঃ—

"মবম অমা নত্রগা অমগী ওইববসু অতোপ্পা সম্প্রদাযগী মীশিংবু ব্যবহাব তৌগদবনি (তৌবনা মতিক ওই)। অসুম তৌববতদা মী অমনা মহাক্কী সম্প্রদায়বু ৱাংনা থাঙ্গৎপনি; অদুগী মথক্তা অতোপ্পা সম্প্রদাযগী মীশীংদা মহাক্কী তৌফম থোকপা তৌবনি।"

কশ্মীবদগী সিলোন (সিংহল) ফাওবা বৌদ্ধ ধর্ম্ম থুনা শন্দোক্লম্মী। ধম্ম অসিনা নেপান ফাওজিনখিবমই, মমৈথংদা তিব্বৎ, চীনা অমসুং মোঙ্গোলিযা যৌখিবম্মী। ধর্ম্ম অসি চৎপগী ফল অমা ওইনা ভাবত্তা মনামশিং চাবগী মশীং হেনঙ্গৎলমই, যু থকপা থাদোক্লবমই। মসিগী মমাংদা ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রি পূন্নমক শা চাবমই যু থকলম্মী। শা হাৎপা থিংলম্মী।

মীবৈবাকশিংগা মবী লৈনবনা, ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবক্রা কনখৎলকপনা ভাবতকা অতৈ লৈবাক্কা অনিগী মবক্তা লল্লোন ইতিক চাওখৎপা হেনগৎলকলম্মী। (হৌজিক সিনকিযাং কৌবা মধ্য এশিযাদা লৈবা) খোটান্না ভাবতকী লোয়লম ওইবম্নাগী ঐখোয়না বেকোর্ড ফংই। ভাবতকী বিশ্ববিদ্যালযশিং মকওইনা তক্ষিলাদা মপান লমগী ছাত্র যাম্না লাক্লম্মী।

আশোক অচৌবা যুমকৈ শাবা পাম্বা নিংথৌনি, মহাক্কী চাওববা ফুবা-দলান শাবদা মতেং পাংনবা মীবৈবাক্কী খুৎশা হৈবা মী মযাম অমা মহাক্রা নেক্লম্মী হায়না হার্যনৈ। পার্সিপোলিস অমবু নিংশিংহনবা, পুন্না ফংবা অমগা ওইনা শাবা লৈবা নুং-য়োৎকী উখোংগী নোম্নমা ৱাফম অসি চিংথোবকই। মতম অদুদা শাবম্বা য়েকখোৎলবা ফুবা দলানগী লেমখাক্রা ভাবতক্কী ওইবা খুৎশা হৈববু উহল্লি।

চহি কুল্লাগী মমাংদা থায়নগী পোৎ তৌথোক্লুনা থীবা কাংবুনা পাটলিপুত্রদা লৈবা আশোক্কী কোনুংদা লৈবা মহাক্কী মমিংচৎলবা উখোং ময়াম্না পুবা চাওববা হোলগী শকক খবদং তৌথোকলম্মী। ইন্দিয়াগী আর্কোলোজিকেল ডিপার্টমন্টেকী প্রোফেসর স্পুন্নাবনা মহাক্কী অফিসিয়েল রিপোর্টতা হায়রম্মী, "চহি লিশিং অনিগী মমাংদগী হৌনা অঙকপা মওংদা লৈরমইবা

উশিং অদু হৌজিক্তা শাবদৌনা শিৎ-শিৎ নাম্না লৈ।" মহাক্না মখ্যাতানা অসুম্না হায়রম্মী, " অশুকপা মওংদ লৈরমইবা উশিংগী মচেক অমদি উচনশিং অদু অসুক্কী মতিক মপুংফাই উচনগী ময়ি অমতা উবা ফংদে, য়েংউবা উরুবা মীশিংবু অশুকপা পোকহল্লি, মখোয়না থাগত্তুনা তৌজে। খনবা য়াবমখৈ থল্লগা ওইবা য়াবা মওংদা পুম্নমক শারম্বনা শুসিফাওবদা মদুদগী হেন্না ফনা (কনামতনা শাবা শুম্নদ্রি) শাবা ওইথোক্তবনি।

লৈবাক অসিগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা তৌথোকউবদা ফংবা ধল্লান, য়ুমশিংদা য়াওরমইবা উখোং, খাঙেনশিং অদু ওহোক্না ফজববা মওংদ লৈরম্না থেংনৈ। অতৈ মফমশিংদদি য়াম্না শুকনিংঙাইনি: অদুগা ভারত্তুনা হেন্না অমুক শুকনিংঙাই ওইবি মবমদি উশিং অসি হৱা-নুংশিৎ কয়া অমা থেংনবক্লবনি, জাৎ কয়াগী তীলনা চিকথৎলবনি। তোপ তোপ্না মখলগী নিয়ম মতুংইন্না উশিং অসি মথৌ শংলমগনি, হৌজিক লৈরিবা অনিমক অশুকপা অমনি হায়বা ঐহাক্না থাজে।

পাটলিপ্রত্র (পাটনা) অমসুং গয়াগী মবক্তা, খনবদা থুক লাওরবা, নালন্দ বিশ্ববিদ্যালায়গী অতেক অকায়ন লৈবি; মসি মতুং য়াম্না তাবা মতমফাওবা ফাওবমই। মসি কবম্না মতমদা হৌখিবগে হায়বদু শেংনা খংদ্রে অদুগা আশোককী মতমগী বেকোর্তসু য়াওবমদ্রে।

যামনা খুৎকন পাঙ্গলনা চহি নিফুমাথোই নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্নগা খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ২৩২ রাৎলিঁউদা আশোক নোঙ্গাখি। ঐচঃ জিঃ ওয়েল্সনা মহাক্না ইবা আইট্‌লাইন ওফ হিষ্টোরিদা, আশোক্কী মবমদা ইবম্মী, "ইতিহাসকী চাওববা শকক্তা চনাং-খনাংননা য়াওবিবা নিংথৌ লিশিং তবা তবাগী মমিংপক্তা, লেম্বদা, থৌজান হৈবদা, পুক তপ্প-ইংবদা, নিংথৌশিংগী বৈভবলক্তা, নাইতোম থোকপা থৱানমিচাকুম আশোক্কী মমিংনা খ্বাইদগী হেন্না লংনা ভাহোইবি। ভোলগাদগী জপান ফাওবদা মহাককী মমিং তাবদা ইকাইখুম্নবি। চীনা, তিব্বৎ, অমসুং ভারত ফাওবদা মহাক্কী ধম্মগী পাওতাক চৎপদা নত্তনা মহাক্কী মগুণ মহাক্কী রাবি শক্ল-শোন্নবি। কোন্সটেন নত্রগা চার্লমেগ্‌নিগী মমিংশিং তান্নবদগী হেন্না শুসি লৈবিবা মীশিংনা মহাক্কী মমিংবু নিংশিংনবি।

## মঙাশুবা পন্দুপ

### অহানবা তাংকক

# চহী কয়া চুপ্পা
# গুপ্তশিংগী মতমদা জান্তিগী ফীবম অমসুং নিংথৌগী লৈঙাক

মৌর্য্য সম্রাজনা শিথরক্লবদা, শুঙ্গ শাগৈনা পীকতকপা লৈবাক মচেৎ অমদা পান্ন-পান্না, মহুৎ শিনগৎলক্লম্মী। থা অমরোমদা অচৌবা ষ্টেট কয়ামরুম, থোবকলম্মী, অৱাংদা বেক্ট্রিয়ানশিং নত্রগা ইন্দু-গ্রীকশিংনা কাবুলদগী পঞ্জাব্দ ফাওবা শন্দোকলকখি। মেনন্দারগী লুচিং মখাদা মখোয়না পাটলিপুত্রমক্তদা লান্দাবকলম্মী অদুবু মখোয়বু মাইথিবা পীদুনা তাম্লোকখি। মেনন্দার মশা ম ভারতকী হৱানুংশিং অমদি লমচৎ শাজৎ লৌখি, মিলিন্দার নিংথৌ হায়না খংনদুনা বুদ্ধ ধর্ম্ম লৌখি, অফাওবা নিপা অমা ওইখি, বৌদ্ধগী ৱারী লাইরিক্তা মমিং লৈখি, মহাকপু লম্লোইবা অমা ওইবা ময়াম্না খংনখি। ভাবত অমসুং গ্রীক্কী চৎনরোল তিনশিন্নখিদুনা আফগনিষ্টান অমসুং ঙমখৈদা লৈবা লৈবাক শিনবা থুংনা গন্ধারগী গ্রীক-বৌদ্ধগী আর্ট (খুৎশা-হৈবগী ফজবদু) ফাওবকখি।

মধ্য ভারত্তা লৈবা সাঞ্চগী মনাক্তা বেসলগরদা খৃষ্টনা পোক্তদবা চহি অমা ৱাৎলিঁউদগী হৌনা, সংস্কৃত ময়েক্লা ইবা ৱাবেং য়াওবা হেলিওডোরস কৌবা নুং অমুবগী য়ুম্বী অমা লৈবমই। ভারতকী ঙমখৈদা লাকপা গ্রীকশিংবু ভাবতবাসী ওলহনখিবগী নিয়ম অমসুং মখোয়না ভাবতকী লমচৎ-শাজৎ লৌখিবগী মরম ৱারী অদু নুংখোংদুনা ইরম্বা ৱারেং অদুনা ঐখোয়দা তাক্লি। ইরমইবা শরুক অদু অসুম্না ঐখোয়না হন্দোকলিঃ "হেলিওডোরস কৌবা বিষ্ণুনিংবা গসনাদা লৈবনা ডিওলগী মচানিপানা এন্‌য়িয়েলসাইডাস নিংথৌগী বাজদুত ওইনা, কাশিপ্রত্র ভাগদ্র কৌবা কনবীহৈবা নিংথৌনা নিংথৌ ওইনা চহি তরামরি হেক শুবদা লাকলমই, নিপা অদুনা লাই পূম্নমক্কী লাই ওইবা বাসুদেব (বিষ্ণু) গী গুরুড় তোংবা উখোং অসি শারমই।"

"লেংবা লৈত্রবা পাওতাক নিয়ম অহুম্নু-ইস্ত্রি খুদুম চনবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা (দনি তৌথোকপা) জ্ঞান তাবা, অসিবু য়াম্না চেকশিন্না ঙাক্লবদি স্বর্গ তান্না লমজিংই।"

মধ্য এশিয়াদা ওক্সস তুরেনগী মপান লৈতেম মান্নবা লমদা শাবা নত্রগা সাইটিয়ানশিংনা (সাইসটনা-শাকাষ্টান) মখোয়মক ঙায়রে মতাগুম মখোয়গী লম ওইনা শেমলমই। লাপ্লবা নোংপোক হরমদগী য়্যুহা চীহ্ কাংবুনা লাক্তুনা মখোয়বু তাম্লোকখি, মখোয়বু অৱাং ভারতলোমদা তানশিনখি। শাবাশিংনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম, হিন্দু ধর্ম্ম লৌখি। য়্যুহা চীহ্ কাংবুগী মনুংদা কুশান কৌবা শাগৈ অমনা খুৎকন পাক্কলবা হেনগৎলক্তুনা, ভারতকী অৱাংথংবা ফাওবা শন্দোকলম্মী। মখোয়না শাবাশিংবু অমুক মাইথিবা পীদুনা খারোমদা লাপ্পা তাম্লোকখি; শাবাশিংনা কাথিয়াওবাড অমসুং ডেকান তান্না চৎখি। অসুম তৌদনা কুশানশিংনা অৱাং ভারত্তা অমসুং পাচকচাওরবা মধ্য এশিয়াদা চাওরবা হেক মুৎপা য়াররোইদৌবা সম্রাজ অমা শেমগৎখি। মখোয় খরনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎখি, মখোয় অয়াম্বনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম লৌখি। মখোয়গী খ্বাইদগী মমিংচৎপা নিংথৌ কাবস্ক, বৌদ্ধ

ধর্ম্ম চৎপা কাংবুগী ৱারীদা য়াওরিবা থৌনাফবশিংগী মরক্তা অমনি; ৱারী অদুদা মহাক্লা লৈবাক্কী তৌরম্বা থবক অমদি মহাক্লা তৌরম্বা অফবা থবক্কী মরমদা ইরি। মহাক মশামক বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলবসু লৈবাক্তুগী ওইবা ধর্ম্মদি ইতোৎ তোৎশিল্লে; মোরোষ্ট্রিয়ান ধর্ম্ম ফাওবা শরুক য়ারমই। পাকচাওরবা ষ্টেট অসি কুশান সম্রাজ কৌরম্মী, হৌজিক লৈরিবা পেশ্বারগী মনাক নক্লা কোনুং লৈরমই; মদুদগী পংলাপ লাপ্তনা তাক্সিলা বিশ্বাবিদ্যালয় লৈরমই; জাত্তি কয়ামরুমগী মীওইশিং উন্নফম ওইরমই। স্যাইটিয়ানশিং, য়্যুহ-চীহ্‌শিং, ইরানিয়ানশিং, গ্রীক বেক্ত্রিয়ানশিং, তর্ককশিং অমসুং চীনাশিংগা ভারতবাসিশিংগা মফম অদুদা উন্নরমই; তোঙান তোঙানবা চৎনরোলশিং অমগা অমগা নৈনরমই। মখোয় ময়াম্না খন্ন-নৈনবগী মহৈনা লাই শাবা, লাইয়েকপগী তোঙান তোঙানবা স্কুল কয়া থোরকলম্মী। চীনাগা ভাতরকা ইহান হানবা উন্নখি হায়না ইতিহাসতা হায়রিবসি মতম অদুদনি; খৃষ্টাব্দ ৬৪ শুবদা চীনাগী রাজদুতনা ভারত্তা লাকলমই। করিসু লৈতবা পোৎ ওইরবসু চীনানা ভারত্তা পীরকপা অথেনপোৎ অদু চুম্ব্রে অমদি চুম্ব্রেপাম্বীনি। গোবী মরুভুমিগী ঙর্মখৈমক্তদা, তর্ফান্দা অমসুং কৃচ্চদা ভারতবাসীশিং চীনাশিং অমসুং ইরানগী মীশিংগী চৎনবীশিংগী অঙকপা পুকনিংহুনবগী মশক ওইনা পুনশিন্নবা অমা থোকখি।

কুশান্না পাল্লিঙৈ মতমদা বৌদ্ধ ধর্ম্ম অসি মত মান্নদবদগী কাংলুপ অনিথোক্লা মতমদুদা ভারত্তা চৎনরম্বা মতুংইন্না চাওনা মীয়াম তিনবা সভা অমদা খৎনরিবা হীরম অদুগী মতাংদা তর্ক তৌনরম্মী; লৈবাক পুম্নমক্কী মীহুৎশিংনা ভারত্তা লাক্লবম্মী। সম্রাজ অসিগী ময়াই থোকপা মফম নক্লা কশ্মির লৈরমই; মফম অসিদা তর্ক তৌনখি কলচরগী মতাংদা নৌহৌনা খন্নখি। মত মান্নদবা হীরম খন্নবসিদা নিপা অমা তোমথিন ওইনা ফাওগৎলকখি; মাগী মমিং নগারাৰ্জ্জুন কৌই; খৃষ্টাব্দ অহানবা মতমদা মহাক লৈরমই; মীয়ামগী মরক্তা তোমথিন ঙান্না মগুণ লৈবা বৌদ্ধ পণ্ডিত অচৌবা অমনি, ভারতকী দর্শনশাস্ত্রদা য়াম্না হৈবা পণ্ডিতসু ওইরম্মী, মকওইনা মহাক্কী মপান্না ভারত্তা মহায়ানানা মায়পাক্লা ঙমখি। সিংহল অমসুং বর্ম্মানা হীলায়ানাদা তোংথ্রবসু চীনাদা মহায়ানাগী ধর্ম্মনিতি শন্দোকখি।

কুশান কাংবুনা মখোয় মশামক ভারতকী মী ওইখি, লোয়ননা ভারতকী কলচর শৌগৎপা কাংবু ওইখি; অদুমকপু মখোয়গী শাসনগী ময়োক্তা (ভারত) জাত্তিগী ওইনা য়ানিংদবা ৱাখলগী ইচেল অমদি মনুংদা কন্না চথখি; অদুবু মমৈথংদা অনৌবা জাৎ কাংবু অমা ভারত্তা ফুজিল্লকপা মতমদা, খৃষ্টগী মরিশুবা চহি হৌগৎলকপদা (ভাবত) জাত্তিগী ওইবা মীবৈবাকশিংগী ময়োক্তা খন্নবম্বা ৱাখল অদু মওং অমা তাখি। চন্দ্রগুপ্ত কৌবা খুৎকন পাঙ্গলবা নিংথৌ অমনা নৌনা চংলকইবা কাংবু অদুবু তাম্থোক্তুনা মরাচেৎলবা পাকচাওরবা সম্রাজ অমা শেমগৎখি।

মতৌ অসুম্না, খৃষ্টাব্দ ৩২০ দা, মমিংচৎলবা খুৎকন পাঙ্গলবা লান্দা, মতমপুম্বদা, মমাই ইপাক্তা পাকপা, শান্তি পুরকপদা হৈশিংলবা, লৈবাক ঙাকপা নিংথৌ কয়া মথং মথং থোরকপা গুপ্ত নিংথৌ ৱাখল থোরকখী। য়াম্না তোয়না লান্দারকপনা মীরৈবাক মচাশিংবু নুংশিদবগী ৱাখল কনখৎলকখি। লৈবাকসিদা লৈবা মীশিংনা ব্রাহ্মণ-ক্ষেত্রি হায়বা খায়দনা, মখোয়গী মমা লৈবাক অমদি মখোয়গী কলচর ঙাক্লবা ৱাখলগা লিচিং অমতা ওইনা মখোয়বু নমদুনা থমখি। ভারতকী প্রজা ওইথ্রবা মপানগী মীওইশিংগীদি হায়না হায়না য়ানথ্রে; নৌনা চংলকপা কাংবুবুদি য়ামনা কন্না থিংখি, মহৌশা চৎনরম্বা ব্রাহ্মণীক্কী নিয়ম মখাদা জাৎ পুম্নমক অমত্ত ওইবগী মওংদা অমতা ওইবা ষ্টেট অমনা শেমগৎনবা লাক্লখি। তোইগুম্বসুং মহৌশাগুম মখোয় মশেন য়াবা থাজনবদু চৎথরমই, অদুবু মখোয়না য়ানিংদবা নিয়মশিং অদুদি থোয়না হেন্না কনশিনখি। ভারত্তা লৈবা মীপুম্নমক পাঙ্গলদা ৱাখলদা চপ মান্ননা ভারতকী ওইবা মচু শংখি।

অসুম্না শংখিবা মচু অদু থোয়না চেৎশিনখি লোয়ননা থোয়না হেন্না পাক্লা শন্না শন্দোকখি। মমাংঙৈদা, আৰ্য্যবৰ্ত্ত অমদি ভারত বর্ষ কৌবা লমদা আর্য্যশিংনা লাকপা চহি অদুদা ভারত্তা মখোয়না খন্নরম্বা ৱাখলদি অনৌবা জাত্তি অমসুং কলচরগা হান্না লৈরম্বা জাত্তি অমদি মখোয়গী লমগী সভ্যতাগা অনি অমতা ওইনা তিনশিন্নরবা ৱাখলনি। মদুনা ভারতকী মতমদুগী ৱাখলনি ভাবত অমসুং আর্য্যশিংগী অপুনবা কলচরগী অকনবা অচেৎপা য়ুম্ফম থক্তা লেংলরোইদবা ৱাখল ৱারেপনা লৈতাখি। মীরৈবাক্কী চৎনরোন্না চংশিল্লকলবসু মদু ভারত্তা লুপশিনখি। মমৈথংদা করিমতা খেৎনখিদ্রে। অতৈ লৈবাকশিংগা ভারতকা মরী কয়া অমা লৈনরবসু চাল্লোনমিন্নদুনা নত্রগা অতৈ মরমদা ভারততি মরুওইনা মশাগী ওইবা লৈজবা শরুক্তা লুপশিনদুনা অদুম মারৈজৈ, মপানগী লমদা থোকপা করিগুম্বা অমতদা মিতারুবা লৈতে। অদুবু হৌজিক মতমদা, মরক মরক্তা, মশকখংদবা মীশিংনা লান্দারক্তুনা মশক মশা খংদবা চৎনরোন পুশিল্লক্তুনা ভারতপু ঙহাক লৈতনা নিকলকলবদা, মদুবু ভারতনা কয়া কুইনা খাংদুনা লৈবা ঙমগদগে; মদুনা ভারতকী ওইনা লৈজবা রাজনিতিবু থুগায়রকপদা নত্তনা হান্না লৈজবা

কলচরগী শক্তম অমদি সমাজ শেমগৎ-শাগৎপা শরুক্তা ইশোট চংহল্লকই। মদুগী ফলনা মরুওইনা, পাঙ্গল কল্লবসু শোল্লবসু মজাত্তি নুংশিবা ব্রাখলগা লোয়ননা মরৈবাক নিংবা মী চোংথোকল্লমই। চাওরাক্লা লৌরবদা ভারতকী পুন্সিগী কয়াৎ খুদিং শুনা য়াওরবা, ব্রাহ্মণ-ধর্ম্ম (মমৈথংদা তায়নরকপা মতুংইনা হিন্দু ধর্ম্ম) কৌবা য়াবা ধর্ম্মগা দর্শনগা পুনবা, চৎনবীগা ইতিহাসকা পুনবা, চৎনরোনগা সমাজ শেমগৎ শাগৎপদা পুনশিনবা শরুক্লা মরৈবাক নিংবগী খুদম ওইরম্মী। ঙসি জাত্তিগী য়ুম্ফম ওইরবা, জত্তি অমদি কলচরগী অকুপ্পা ব্রাখলবু চিংশিনবা জাত্তিগী ধর্ম্ম, মাদুনা ওইখি। ভারতকী ব্রাখলগা অঙাংনব্রা ওইরিবা, বৌদ্ধ ধর্ম্মসু জাত্তিগী ওইবা য়ুম্ফম মচেৎ খজিক্তি ময়াওরি। ধর্ম্মদুগী মতুংইন্না বুদ্ধনা লৈরম্বা, ধর্ম্ম শন্দোকলম্বা, শিখিবা মফম মমিংচৎলবা পণ্ডিতশিংনা লম্বোইবশিংনা ধর্ম্ম শন্দোকপা হৌখিবা মফম, ভারত অসি, অশেংবা লম ওইখি। তৌইগুম্বসুং বৌদ্ধ ধর্ম্মনা মরুওইনা জাত্তি কয়াগী, পৃথিবীগী ধর্ম্ম ওইখি, ধর্ম্ম অসিনা চাওখৎখিবা পাকনা শন্দোকখিবনা, অসুম্না ধর্ম্ম অসি চাওথোকখিবনি। মরম অসিনা ব্রাহ্মণ ধর্ম্মনা মরৈবাক নিংবা মরৈবাকপু তত্তনা হিংহন্নবা লাক্লুবা কাংবুগী খুদম ওইবদি মশানা তাবনি।

ভারতকী তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম ময়াম অমসুং কাংলুপশিংগী চৎনরোন মাংদা, জাত্তিগী ওইনা লৈরিবা ধর্ম্ম অমদি দর্শনশাস্ত্রনা ওইনা খাংলম্মী; লোয়ননা মশাগী ওইনা লৈজবা মগুণশিং ঙাক্লা লৈরমই; পাক্লা শন্না লৈরবা মপীগী মশরুক্তা মখোয়বু ধর্ম্ম অমদি দর্শণনা নিংশিনহনখি; অদুম্নদি ওইরগা মপানগী ওইবা শরুক্তদি লেপ্পা লৈতনা কায়হৌই; মশাদা থেংজিল্লক্তনবা ঙাকথোক্লুবসু কন্না লাকনৈ। অসুম্না তৌবদা, মখোয়না মপাঙ্গল্ কনখৎহন্নবা লেপ্তুনা হোৎনবনা মমৈথংদা লৈবাক শাসন তৌবা নিংথৌওইবগী ফীবম তারকই; মপাঙ্গল কনখৎলকপা মতমদা অসুম্না তৌরকপা অসিসু মশানা তাবনি। গুপ্তশিংনা পানবা মতম্না, জ্ঞান লৈবা হেনগৎলকপদা মপাঙ্গল কনখৎলকপনা, কলচরনা ব্রাংখৎলকপনা, অমদি মরুওইবা থবক্লা মপুং ওইরকপনা নিংথৌ ওইবশিংনা মশাগী ওইনা পায়খৎপা থবক্কী মহৈ ওইবম্মী। শাগৈ অসিগী অচৌবা নিংথৌশিংগী মনুংদা সমুদ্রগুপ্ত কৌবা অমবু ভারতকী নেপোলিয়ান হায়না মিংথোনখি। মতমদুদা ইরম্বা লাইরিক লাইশু অমদি খুৎ-শা-হৈবগী মরমদা খন্নবদা মতমদু চাওখৎলবা মতম অমা ওইরমই।

মরিশুবা খৃষ্টাব্দ হৌরকপদগী মতুং চহি চাম য়াঙ্খৈরোম, অব্রাংলোমদা পাঙ্গল কল্লবা, চাওখৎলবা ষ্টেট অমদা গুপ্ত শাগৈনা পাল্লমই। মতুং চহি চাম য়াঙ্খৈরোমদা মখোয়গী মচামশুশিংনা শমথনা পাল্লমই; মতমদুদা মখোয়না ঙাকথোক্লুবতা হোৎনরমই; মখোয়গী সম্রাজ অদু নিকশিলকপনা অসুম অসুম পীকশিনবা হৌরকলম্মী। মধ্য এশিয়াদগী লাকপদা অনৌবা লান্দবশিংনা ভারত্তা থাজিল্লক্তুনা মখোয়গী মথক্তা লান্দরম্মী। লান্দরকলিবশিং অদু মখোয়না কৌনবা হব্রাইট হুন্স (অঙৌবা হুন) হায়বা অদুনি; এট্টিলাগী লুচিংমখাদা মখোয়না ইউরোপ তকখায়খিবগুম্না মখোয়না লৈবাক অসি মাং তাকহনখি। মখোয়গী তমথীরবা লমচৎ-শাজৎ অমসুং হিংচায়াইতম্বগী নুংশি হৈতবনা মমৈথংদা মী পূন্নমক ইরাং লাংলমই; যশোকবর্ম্মনগী মখাদা ময়াম পুন্সিন্দুনা পুন্না মখোয়গী মথক্তা লান্দারমই। হুনশিংগী মপাঙ্গল থুদেকলমই; মখোয়গী লুচিংবা মহিরাগুনাবু বন্দি পীরমই। গুপ্ত শাগৈগী অরোইবদা নিংথৌ ওইরম্বা বালমিত্যনা মাগী লৈবাক্কী চৎনরোন মতুংইন্না মহাকপু থৌজানগী মিৎয়েংনা য়েংলম্মী, মহাকপু ভারত থাদোক্তুনা চৎহনখি। মহাক্কী ফনবা তৌবা নিংথৌদুগী মথক্তা নুংশিহৈতবনা লান্দারক্তুনা মমৈদা মহিরাগুলানা মহাকপু চান্না তৌবীবগীদমক ফত্তবা থবক্লা লম্মন খুমখি।

তৌইগুম্বসুং হুন্না অব্রাং ভারত্তা পাল্লম্বসি পংকুই কুইরমদে -- চহি য়াঙ্খৈবোদনি। অদুগা লৈবাক অসিদা মখোয় অয়াম্বা চুম্নগী খুল্লাকপা ওইনা লৈরমই; মরক মরক্তা মখোয়না ওৎ-নৈ অদুগা মখোয় অয়াম্বদি ভারতকী সুমদ্রগুম পাকচাওব্রবা মীরক্তা তিনখি। খৃষ্টগী চহি তরেৎ হেক চংলকপদা লুচিংবা খরদি লান হৌরমই। কনৌজগী নিংথৌ হর্ষবর্দ্ধন্না মখোয়বু শুহক্তুনা থমখি; মমৈথংদা অব্রাংথাংবা অমসুং খা থংবা ভারত য়াওনা খুৎকল্লবা ষ্টেট অমা শেমগৎখি। মহাক বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎখি, মহাক্লা চৎপা বৌদ্ধ ধর্ম্মদি মহায়ানা মখলগীনি;মসি অয়াম্বনা হিন্দু ধর্ম্মগা য়াম্না নকশিন্নৈ। বৌদ্ধ ধর্ম্ম হিন্দু ধর্ম্ম অমদি অনিমক মহাক্লা শৌগৎলমই। চীনাগী তীর্থ কোইবা অফাওবা হুয়েন সাং (খুব্রেন চুব্রান) মহাক্কী মতমদা (সিঃ ৬২৯দা) ভারত্তা লাক্লম্মী। হর্ষবদ্ধন মশামক কবিনি, দ্রামা ইবা মীনি; উজ্জয়ীননিদা মাগী কোনুং ওইরমই; খুৎশা হৈবা ঈশৈ হৈবা কয়া, কবি কয়া মহাক্কী কোট্টতা মহাম্না থনমই; উজ্জয়ীনি, কলচরগী অফাওবা ময়াই থোকপা মফম ওইরম্মী। অফ্রিকা, এশিয়া লান্না ইসলাম্না খুৎলৈ থুনা শন্দোক্লবগীদমক কআবর (মরুভূমি) লৈকংলা লাম্ভোরকপা মতম অদুদা ৬৪৮ এঃ সিঃ দা হর্ষবর্দ্ধন নোঙ্গাখি।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## অনিশুবা তাংকক

## খা ভারত

মৌর্য্য সম্রাজনা খবা খবা পীকশিনখিদুনা মমৈদা মুৎপ্রবা মতুং চহি ১,০০০ খবা হেনবা অদব্রাইনা খা ভাবত্তা অচৌবা ষ্টেট কয়ামকম ফাওগৎলকলম্মী। শাকাবু অন্ধ্রনাই মাইথিবা পীবমই; অন্ত্রদি কুশানগা মতম অমতদা হৌমিন্নখিবনি; মতুংদা নোংচুপ্তা চান্যুক্য সম্রাজ ফাওগৎলকলম্মী; বাষ্ট্রাকুটনা মমৈ খোমখি। খা-খমথেংবদা পাল্লাভনা পাল্লমই; মখোযনা লোয়লম লৌশিন্নবগীদমক ভাবত্তগী খোংশানখি। মমৈদা খা-দক্ষিন ফাওদোক্লা চেলা সম্রাজ থোবকখি, মখোয়না সিংহল অমসুং খা-ধর্ম্ম জয় তৌবম্মী। চোলাগী মমৈ খোম্না নিংথৌ বাজন্দ্রে ১০৪৪ এঃ সিঃ দা শিখি।

ফজবা পোৎচৈ শাবগী অমদি সমুদ্রদা লল্লোন ইতিক তৌবগী মবমদা খা ভাবত অসি খ্বাইদগী তোপ তোপ্পা মমিং চৎলমই। মখোয়দি ঈশিংদা (সমুদ্রদা) যাম্লা হৈনবম্মী; মখোয়গী জহাজদা লাপ্লবা লৈবাক তান্না লাল্লোনপোৎ পুবমই। গ্রীক্কী লোইলম খা ভাবত্তা লৈরমই; বোমানগী শেন মফমদুদা ফংলমই। চালুক্য লৈবাক্কা, পার্সিয়াগী নিংথৌ সসনিভকা অনিগী বাজদুত থম্নবমই।

অরাং ভাবত্তা তত্তনা লান্দাবকপদুনী খা-ভাবত্তা কবিমতা হাকথেংননা শোকলমদে। নাকোয়ননা মখোযনা মী কযাবু লুচিংদুনা পুবকলগা খা-ভাবত্তা লৈহনখি; মখোয় অদু ফুবা দলান শাবা, মখুৎ-মশা হৈশিংবা, লাই শাবা, লাই-য়েকপা কাংবু ঙাক্লি। লান্দাবকপা কাংবুনা পুশিল্লকপা অনৌ অনৌবা মখল মথেন কয়ানা অরাং ভাবত্তা থেংলবা মতমদা খা-ভাবততি খুৎশা হৈবা মীশিংগী তুনফম, ময়াই থোকপা মফম, মীবোন কয়া লান্না ওইবমই। চহি চা খবতগী মতুংদা খুৎ শা হৈবগী থবক্লা কন্না তকশিল্লকলম্মী, খা-ভাবতনা খমথেম্না হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীশিংগী অতৈনা হায়জিল্লকপা ঙমদ্রবা, মফম ওইখি।

## মণাশুবা পন্দুপ

### অহুমশুবা তাংকক

# ইংনা মরাতপ্পা চাওখৎলকপা অমদি লানগী নিয়ম লাল্লোং

ঙহাক লৈতনা লান্দাবকপা, সম্রাজ অমনা অমগী মহুৎ মুন্দুনা শিলহৌবগী শাগৎপা ৱাবোন্না ভাবত্তা কবি কথম্না থোকখ্রিবনো হায়বা, অবানবা ৱাখল অমা হেক হেক পুবকপগুম তৌই। নৈনবিবা মতম অসি চহি ১,০০০ হেননা শাংগনি; লৈবাক অসিদা মতম শাংন-শাংনা ইংনা মবাতপ্পা পানবা সবকাব লৈবমই হায়না নিংশিংফম থোকই। ভাবত্তা বৃটিশনা পাল্লম্বা মতমদুদগী চহি চনি নত্রগা চহুম হেন্না শাংনা মৌর্য্য, কুশান, গুপ্ত অদুগা খাদা অন্না চালুক্য, রাষ্ট্রাকুটাজ অমসুং অতৈ কাংবুনা পাল্লমই। পূম্নমক অয়াম্বনা মনিংতৌবা শাগৈ ঙাক্লি; অৱাং ঙমখৈ লান্না লাকপা কুশাননগুপ্তা অতৈ শাগৈনা মখোয মশামক ভাবতকী মী ওইখি, মীবোন কয়া চথবকলবা চৎনবীগী মখা পোনখি, ভাবত্তা পোকপা ভাবত নিংথৌ মচাগুম মখোয়না পাল্লমই। ঙমখৈ লমদা খংহৌদনা লুট তৌবশ্মী; থংনবা ষ্টেটশিংনা অমগা অমগা খৎনবশ্মী, অদুবু লৈবাক অপুম্বগী ওইনা য়াম্না ইংনা পাল্লমই; খুৎশা হৈবগী থবক কলচবগী মত্তাংদা পায়খৎনবকপা অকনবা থবকপু থাগৎপদা, নিংথৌ ওইবশিংনা মকওইবা ওইনা চাওথোকচবমই। লাইবিক লাইশুগী অমসুং কলচবগী য়ুম্ফমদি ভাবত পুম্বগী ওইনদি ওইবনা, মসিগী অকনবা থবক্লা ভাবতকী ঙমখৈ লানখি। ধর্ম্ম অমদি দর্শন্দা মত খেৎনবা খংহৌদনা থোবকপগা খা-ভাবত্তা, অৱাং ভাবত্তা মাদুবু খন্না নৈনবমই ডিবেৎ তৌবমই। ষ্টেট অমগা অতোপ্পা ষ্টেট অমগা খুৎ থোক্লনা লান তৌনববসু নত্রগা লৈবাক্কী ওইনা মনুংদা বাজনিতিগী লালহৌ থোক্লবসু প্রজা মীয়ামগী লনাই ওইনা তৌজবা থবক্তা অপনবা কবিমতা থোকহল্লমদে (লানগা মবী লৈননা)। থোকপা অমা তৌদুনা, মহৈ মবোং শোক্তনবা, খংহৌদুনা লম শোকউববসু মদুগী ক্ষত্রিপুবণ পীনবা ৱাশক্লদুনা, লান শোক্লবিবা নিংথৌশিংনা অমদি খুঙ্গং ঙাকলিবা মকোক ওইবশিংনা য়ানচেবোন ইনবম্বগী বেকোড্ কযা ফংই। হাযবিবা অসি, অওইবমক্তি, মীবৈবাক্কী মীনা লান্দাবকপদা নত্রগা শক্তি মুন্নদুনা তশেংনা খৎনবপদদি ঙাকপা গুন্নমদে।

লান শোক্লবা মতমদা আইন্না যাদবা নিয়ম চৎনবোইদবনি, অচুম্বা মবমগীদমক, চুম্না শোক্লগদবনি হায়না মমাংঙৈগী মতমদা ভাবত-আর্য্যশিংগী লানগী নিয়ম চেকশিন্না ঙাক্লবমই। নিয়ম অদু থবক ওইনা তৌনবকপদা কদাযফাওবা ঙাক্লবগে হায়বনা অতোপ্পা ৱাবমনি। হু তৈবা তেন শীজিন্নবা থিংনবমই; অবোম্বা খুৎলায শীজিন্নবা নত্রগা তুমলিবা নত্রগা চেনপ্রবা নত্রগা চংজবকপা মী হাৎপসু অদুমঙাই (থিংনবমই-যান্নবমদে)। ফজবা ফুবা দোলান থুগাযবোইদবনি হায়না লাওথোকনবমই। হায়বিবশিং অদু চানক্যগী মতমদা তাইওন্নবমই, য়েক্লববু মাইথিবা পীবদা মকওইনা তৌদবা য়াদবা ওইনা খল্লবদি মাংতাকহন্নবা অমদি নমথাক তৌববু মহাক্লা য়াবমই।

লানগী খুৎলায খন্নবকপদা, মতম অমুক্তদা মী চাম-চামবু হাৎপা যাবা ইপ্সিবগী খুৎলায অমসুং পোকখাযহন্নবা য়াবা কয়াগী পোৎশক চানক্যনা অর্থশাস্ত্রদা পল্লম্বনি, খংবদা নুংঙাইবা পোকই। কোম তৌদুনা শোক্লবা লাল্লোংবু মহাক্লা পনল্লি। মসি পূম্নমক অসি কবি হায়বিবনো হায়বা হৌজিক হায়বা ওইথোক্তবনি। মসি মীবোন কযা চৎনবমলবা মিত্রংগী লল্লোংগা মবী লৈনৈ। নোংমৈ হিদাকপু হায়বনি হায়না খল্লবা য়াবা মবমসু লৈতে।

মৈনা, খুৎশু খুৎলায়না, চাকতাংবনা অমদী লৈবাক শাসন কায়রকপনা ভারতনা  মতম শাংনা অৱাবা তারম্বগী মতাং মহাক্কী শাংলবা ইতিহাসতা য়াওরি। ইতিহাস অসি কুপ্পা য়েংবদা ইউরোপ্তগী হেন্না মতম শাংনা শান্তি ওইনা, লৈবাক মরাতপ্না লৈরম্বা য়াই। তর্কীশিং অমদি অফগানশিংনা লান্দারকপদগী হৌদুনা মোগন সম্রাজনা লৈখা তাবা মতম ফাওবা চহি চা কয়া মদুম্না চথরমই। ভারত্তা ইহান হান্না পেক্ক ব্রিটেন্নিকানা শান্তি পুরকপগী ৱাখল অসি খ্বাইদগী  থাজফম থোক্কবা অমনি। বৃটিশনা ভারত্তা শাসন তৌবা মতমদা লৈবাক অসি  হাইথবা য়াবমখৈ হাইথরকলম্মী, রাজনিতি অমসুং অর্থনিতিগী ফীবম য়াম্না থিনা শোকলমই হায়বসি অচুম্বনি। শাসন অদু করিগীদমক্তা চৎনরম্বগে হায়বদুগী মসিনা চপচাবা মরম অমনি।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## মরিশুবা তাংকক

# ভারতনা নিংতম্বা তানবা

*'মাযোক্তা অকনবা নোংলৈনুংশিংকী মবাইলুকনি ভাবতনা (নোংপোক্তা)*
*অথাংকন্না, থোযনা তুক্কচনা;*
*থৌশাদনা চৎহনখ্রি, লাওবা কল্লবা লাম্মীশিংবু মহাক্না,*
*লুপলি ৱাখলদা অমুকহন্না ।।'*

অসুন্না ইবি কবিনা, মহাক্কী কবিতাবু তোয়না পন্নবি। নোংপোক্তা লৈবা লৈবাক্না নত্রগা অমবোমদা ভাবত কৌবা মাদুগী শকক্না ৱাখল খনবা পামই, মশানা থবক্কী মীনি, খঞ্জবা কাংবুদা ওইথোক্তবা, কান্নদবা ওইবা হীবমদা খনবা পামই তোয়না। ৱাখলবু, ৱাখল লৈবা মীবু, জ্ঞান লৈবদা মামক ঙাযবে খঞ্জবা মীবু, মহাক্না মতমপুম্বদা ইকাইখুম্নবমই; মখোযনা মহেল্লে খঞ্জবা, খুৎলায় পায়বা কাংবুবু, পৈশা পায়বা মীশিংবু, মহাক্না শীংথানবমদে। মবাই, চায়ববা মতম ফাওবদা, মহাক্না ৱাখল খনবা তোক্কে; মদুতদা মহাক্না নুংঙাইজবম্মী।

অকনবা নোংলৈ নুংশিংকী মমাংদা লু লুকথনা থাংলম্নী নত্রগা মীবৈবাক্কী লম্বীদা লান্দাবকপদা থৌশাদনা ভাবতনা লৈথোকই হায়বসি অচুম্বা ৱাফম নত্তে। মতম লৈবখিবিক্তা মখোয়বু মহাক্নাময়োক য়াবম্মী, অয়াম্বা মতমদা মাইপাকই, কাবগুম্বদা মাইথিববসু; মতম খবা মহাক্না ঙমদ্রবসু মহাকনা মদুবু কাওবা লৈতে; মথং অমুক হোংনবদা ঙম্নবা মহাক্না শেমশাবমই।মহাক্না চৎপা নিযমদি অনিথোকই; মখোযগা লানশোক্নবা, মখোযবু তাম্থোকপা অমদি তাম্থোকপা ঙমদবা কা বুদ্ধ মখোযগা অমতা ওইশিনমিন্নবা। আলেকজেণ্ডবগী লাম্মীবু মাইপাক্না মায়োক যাবমই; মহাক্না হেক শিখিবগা, অলাং ভাবতা লৈবা, গ্রীক্কী লানমী তেঙ্গোলবু তাম্থোকখিবমই। মমৈদা ভাবত গ্রীকশিং অমসুং ভাবত সাইথিযানশিংগা মহাক্না অমতা ওইশিনমিন্নবই, খুদক্তা মজাত্তিগী ওইবা অপুনবা ষ্টেট অমা মহাক্না মকোক ওইনা শেল্লমই। হুনশিংবু মীবোন কযাবক মায়োক যাবম্মী, মখোয়বু তাম্থোকখিবমই; শৈহৌবশিংবু ভাবতবাসি ওইহল্লমই। আববশিংনা লাকপা মতমদা হিন্দু তুবেন মপান্দা মখোযনা লেপখি। তর্কীশিং অফগানশিংনা তপ্প তথা শন্দোবকখি। দিল্লি সিংহাসন পায়দুনা শাসন পুনবা মখোযনা হোংনবদা চহি কয়া চংলমই। লেপ্পা লৈতবা মতম শানা লান শোক্নবমই; লান শোক্ক শোক্লনা পূর্নশিনবা ভাবতবাসি ওলহনবগী থবকসু লেপ্তুনা চথবমই; লান্দাবকপশিং মশামক ভাবতবাসি ওইশিল্লক্তনা লোযশিনখি। তোঙানবা জাত্তি কযানা অমতা ওইনা পুনশিন্দুনা, পুনশিল্লিবা অদুনা অমতা ওইনা জাত্তি ওইখিবগী, ভাবগা ওইবা মীহুৎ, ওইবম্মী, আকববনা। মহাক্না ভাবতকা শকখং-মাইখংনখি, মহাকনা মীনৌ ওইববসু মহাকপু ভাবতনা লৌশিনখি; মদুনা মবম ওইদুনা ফজববা সম্রাজগী যুম্ফম মহাক্না ফজনা শাগৎখি অমসুং থনমই। মহাক্কী মহৎশিনবশিংনা নিতি অসিবু অমসুং জাত্তিগী ওইবা থোইদোক হেন্দোকপা মগুনবু ঙাক্না চৎলিবমখৈ মখোযনা সম্রাজনা লেংদনা লৈবমই। মাদুবু মখোযনা থুগায়দুনা জাত্তিগী চাওখৎ থৌবাংগী খোংচত্তা অপনবা পীবকপা মতমদা মখোয়গী মপাঙ্গল শোম্থবকই লোযননা মখোয়গী সম্রাজ অদু মচেৎ কয়ামরুম থোক্না কাযখিবমই। শোন্না উববসু জাত্তি অমগী ওইবা মপাঙ্গল মথৌনানা অনৌবা লানহৌ কায়া হৌবক্লমই; লেংলবোইদবা মওংদা শেমগৎ-শাগৎপা ঙম্না মখোয়না কনজদ্রবসু মোগন সম্রাজবুদি মখোয়না থুগাযবা ঙল্লমই। মতম খবা মখোয়না মমাই পাকলমই; অদুবু হৌখিবা কয়া মখোয়না নিংশিংলুবনা, মাদু অমুক তানবা মখোয়না খল্লমই। মখোয়না কাওথোকপা ঙমদবা, উশিন্নদবা য়াদবা থৌদোক কয়া থোকখিবা, ৱৈথ্রবা শকক্না ওইবিবা শকক্কী মহৎশিম্বা কদৌঙৈদা ঙম্নবোইদবা, মতমদুগী

ভারত্তা মতমদুদা ওইরিবা পুম্নমক হেনগৎলকপা লৈতনা লেপ্তুনা লৈরবনি কায়থরক্লবনি হায়বা, মখোয়না মুম্না খংলমদে। লেপ্তুনা হোংবা নায়বা পৃথিবীগা লৈনরম্বা মরী তৎখিরমই অমসুং ভারতপু তুংদা লাপ্পা হুন্দোকলম্মী। অনৌবা শকলোন, অনৌবা মহৈ অমসুং অনৌবা শক্তিগা লোয়ননা অনৌবা কল্লবা পৃথিবীগী অমা নোংচুপ মাইকৈদা ফাওগৎলকলি হায়না মখোয়না খংনা খংনা থৌশারমদে। মখোয়না থৌরা-শারমদবা অনৌবা পৃথিবীদু অতৈ অমা নত্তে বৃটিশনি। বৃটিশনা মমায় পাক্লমই, অরাং মাইকৈদা বৃটিশনা অনৌবা সম্রাজ অমা লিংখৎপা লোয়ফাক্লিঁভৈদা ভারত্তা লৈবা সিফাইশিংনা লান হৌরকলমই; নিংতম্বগী লান ওইরকখি; মদুনা বৃটিশকী শাসন লোয়শিনবা তৌরমই। নিংতম্বগী ঈহৌ অমা লাকলমই; মীগী মীখা পোনববু য়ানিংদবা উৎলমই।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## মঙাশুবা তাংকক

# চাওখৎলকপা অমদি ঙাকশেনবা

ঐখোয়গী মমাংঙৈগী ওইবা অমসুং ঐখোয়গীদমক্তা থম্বীরম্বা অদুবু য়েংদুনা চাওথোকচবা, মসি পূম্নমকপু কায়দনা ঙাকনবা পল অমসুং লৈপন খানবা হোৎনবা, খ্বাইগা মান্নদ্রবা মীনি ঐখোয়। জাত্তি অমগী লৈফমথোকপা জ্ঞান অমসুং কাংলুপ খায়বগী কল্লবা ইরাং লৈরবা ফাওবদা, মপা-মপু অশেংবা-মচানি হায়না চাওথোকচবা অতৈগুম্বা, আর্য্য, দ্রাবিড্রিয়ান, তুরানিয়ান, সেমিটিক অমসুং মাঙ্গোলিয়ান-জাত্তি ময়ামগী অঙকপা ফংনা তিনশিন্নরবা মওং 'মা ঐখোয়না শেমগৎলি। মশল্লা হৌবা ইথকুম আর্য্যশিংনা লাকলমই অদুগা দ্রাবিড্রিয়ানশিংগা অমতা ওইনা তিনশিন্নখি। চহি লিশিং কয়ামরুম লৈবা-তুংদা কোয়না চৎপা মী অমদি অতৈ মী কাংলুপ কয়ানা আর্য্যশিংগী তুং ইল্লকই, মথং মথং ওইনা, মেডিয়ান, ইরানিয়ান, গ্রীক, বেকট্রিয়ান, গাঠিয়ান, শাকা নত্রগা সিঠিয়ান, কুশান নত্রগা উই-চী, তকী, টর্কো-মেঙ্গোল অমসুং অতৈ জাত্তি কয়ানা কাংবু মচা অচৌবা নাযনা লাক্কুনা ভারত্তা খুন্দাখি। ডোডলয়েলনা মানা ইবা মাগী "ভারত"তা হায়, অকীবগী মশক ফংলবা, লান পান্নবা জাত্তিশিংনা (ভারতকী) অৱাং থংবা লৈতেম মান্নবা লমদমদা হয়া হন্না লান্দারম্মী; লমদুগী নিংথৌমচাশিংবু মাইথিবা পীদুনা কাবম্মী, অচৌবা সহর কয়া মাং-তাকহল্লমই; অনৌবা ষ্টেট কয়া লিংখৎলমই; মখোয়না পান্বা মওংদা অনৌবা কোনুং নৌনা শেমগৎ- াগৎলমই; মান-মান্নবা ই-না য়াম্না থুনা তিনশিন্নবা নত্তনা, চৎনরোন কয়ানা হৌরকফম অমতা ওইবগুম য়ানশিন্নহনবা য়ুমলোন কৈরোন্নবা লমশিংগী মপু ওইদুনা মহুৎশিনবিনবা মচামশু কয়া থনম্বা নত্তনা করিমতা থনমদবা, মমৈদা মীওইবগী মহৌশা ওইবা চাওরবা ইথক-ইপোমদা তিনশিন্দুনা অরোয়বা য়াহিপ তান্নখি।

অকোয়বা-লমবু (অকোয়বদা লৈবা লম্বু) খুদুম চনশিনবা ঙমদ্রিবসিনা করিমরম্ননো ? ভুগোলগী (লম্মীৎ-তুমিৎকী) ফীবম্নরা, হৱা-পানিনরা, ভারতকী ওইবা মখল মথেল য়াম্বনরা। তৌইগুম্বসুং হায়রিবা অসিদসু নত্তে, ভারতকী ইতিহাসনা হৌগৎলকপা লমদা, ভারতনা মশা কল্লিঙৈ নহা ওইরিঙৈ মতমদা ভারতকী মপুংফাদবা ৱাখলদা চুখ্রবা, মপাঙ্গল মরিংজেনগী ইথিন, অঙকপা ফংনা তকশিনবা খংনিংবা, নত্রগা পুন্সিগী অকুপ্পা মরোন খংনিংবা ৱা, পূম্নমক অসিনরা। খাংবা ঙম্না, অমদি লাক্কুনা মহাক্কা মরী লৈনবরা মখোয়গা নুংশিনবা ঙম্না, মখোয়গা ফনা থিনা খেৎনরবসু অমতা ওইনা পুনশিনবা ঙম্না, ইথিন অদু কল্লমই। খেৎনবা চাংনা, চাওখৎলমইবা লৈবাক অসিদা, ইতিহাসকী চহি চা কয়া কয়া চুপ্পা মীশিংবু লেপ্তুনা খুদুম চল্লিবা, অদুগুম্বা সভ্যতাবু ৱাংনা ঙান্না থাঙ্গৎলমইবা অদু, ইথিন অদুনরা, ৱাখল অদুনরা নত্রগা চাক্কবা মৈরি অদুনরা ?

ভারতকী সভ্যতানা মতম অমা ফনা চাওখৎলম্বনি, ইথিন নত্রগা মীওইবগী পুন্সিগী মরমদা কুপ্পা খনবা ৱাখলদগীনি হায়বসি, ভাবনা শাবনি, ওইথোক্কবনি। মী অমনা মাগী পুন্সিচুপ্পা হিংবদা মরূ চাম চামদগী হিংনবা মচাক শক্তি লৌবিবনি। জাত্তি অমগী অমদি সভ্যতা অমগী পুন্সি নত্রগা মতম অসি অসুককী মতিক নৈশিল্লি। ভারতকী লৈমাইথক্তা, পুন্সিদা নিংবা কায়রবা হিংবগী কান্নদ্রবা মীগুম তাওবিবা মশীং লাকঙমদ্রবা ৱাখল লৈরি; মখোয় অয়াম্বসু অমগা অমগা মশানা মত মান্নদ্রি। তোপ-তোপ্পা থেসিস (তর্কবির্তকনা থল্লবা রচনা) অমা চুম্না ইনবা মখোয়গী কাংলুপ মরক্তগী অমতং খন্দোকপদি লায়, অদুগা মদুবু মাংহন্নবা খনবা অতোপ্পা কাংলুপ অমা খন্দোকপসু মান্ননা লায়। মফম খুদিংদা, খরমখৈদি মসি ওইবা য়াই; চহি মতম শাংনা পুন্সিরবা ভারতপুম্বা চাওববা লৈবাক্তা, অশিবা কয়া 'মনা অহিংবদা নপ্পুনা লৈবদি মরূ ওইনা লাইনা থোকই। অসুক য়াম্না নৈশিল্লবা, পংনা থোক্তবা থৌদোকপু ইচম চম্না খায়দোকপদি তশেংবা অৱাবা অমনি। ৱাখল অমসুং থবক্কী হৌরকফমমক্তদগী হৌনা জ্ঞানগী থীনা খেৎনবা লৈতে। ৱাখল খুদিংমক ৱাখলদা চেনশিল্লি; ৱাখন পূম্নমক মপানগী শকলোন লেংহনদনা হোংদনা মনুংগী শরুক্কা তত্তনা হোংই; নত্রগা মনুংগী শরুক্কা অসুম অসুম তত্তনা লৈথহৌদুনা (ভাব) ৱাখল অদুবু চিংথৈ।

চহি চহিগী, তত্তনা, ঐখোয়দসু অহোংবা লাকই; হৌখিবা চহিদা তৌবগুম করিগুম্বা মতম অমতদা ঐখোয়না লেংদবা লৈতে। জাত্তি ওইনা অমদি কলচরগী ওইনা ঐখোয়না ওইখিবদুগা, ঐখোয়না হৌজিক ওইরিবা অসিগা, 'য়াম্না খেৎনৈ; ভারত্ত অমদি অঁতে মফমদা ঐগী অকোয়বদা লৈরিবা পুন্নমক, খোংকাংপ লাওনা হিংচাবনা থাংবগুম থাংদুনা চংখিবা অহোংবদু ঐহাক্না উই। অদুবু অহোংবা হোংননবা নুংনাংবা কয়া লৈন-লৈন, ভারতকী অমসুং চীনাগী সভ্যতানা খ্বাইগা মান্নদনা মতম শাংনা লৈথনবা, শক্তি অমদি লৈরিবা মওংদু, কায়দনবা পাঙ্গল উৎলিবা, লোয়ননা মখোয়গী হোংদনা লৈরিবা শক্তম কায়দনা, চহি কুমওন কয়া কয়া চুপ্পা লৈবা ঙমইবা, মরম অমদি ঐহাক্না খংঙমদে। পুন্সি অমসুং প্রকৃটিগা খুৎশম্নন মখোয়না চংনবদি মখোয়না অসুন্না তৌবা ঙমলোয়। ফরবসু ফত্রবসু নত্রগা অনি, তিনশিন্নদুনা ওইরবসু অসুক শাংনা কুইনা, থায়নগী ওইবা শক্তম হোংদনা-লেংদনা লৈবিবসি করিগুম্বা ওইনিংবা মরম অমা ওইজরবসু মদু তৌবা ঙম্বা শক্তি অমদি ময়াওবে, নত্রবদি অসুক কুইনা শাংথনা লৈবা ঙমলোয়। চহি কয়াগী মমাংদা মসিগী কান্নবদু লোয়প্রে, হায়বা য়াই, মতমদুদগী মখা তারকপদা মসি অহনবা নায়রকলবনি, অপনবা ওইরক্লবনি; নত্রগা অনৌবা চহিগী ইনখৎলকপা শরুক্না মসিদা য়াওরিবা অফবা শরুক মখৈ চমহল্লবনি; লৈহৌরিবসি, কুইরবা শক্তমগী মনুং হোবা মকুতমক ঙায়হৌরবনি।

চাওখৎপগী অর্থগা ঙাকপা অমসুং লেংদবা হায়বসিগী অর্থগী অনিগী মরক্তা চুম্না অমগা অমগা মান্নদ্রবা য়েৎশিন্নবা অমা মতম চুপ্পদা লৈবা য়াই। অনি অসি পুনশিনমিন্নবা য়াদে; অহানবসিনা অহোংবা পামই অকোনবসিনা তেক্ত-কায়দনা লেংদনা মফমদুমা লৈবা পামই, মখোয়গী ওইরিবা শক্তম লেংদনা লৈহন্নিংই। চাওখৎপগীন (চাওখৎনিংবগী) ব্রাখলদি হৌজিক কালগী ওইবা ব্রাখলনি; মসিমক মরী লৈননা নৌরি (নৌহৌনরী) নোংচুপ (লমদমশিংদা) হারমদা, শাযনগী অমসুং ময়াই-ওইবা মতমগী সভ্যতাদি থায়ননা নুংঙাইবা মতুং তাথরকপদা ব্রারকপা কায়থরকপবু, শাংনা নিংশিংনা খল্লি। হৌখিবা মতমগী ব্রা মতমপুন্বদা মশেক মঙান য়াওনা ঙাল্লি ভারতবর্ষদসু। মফমসিদা শেমগৎ-শাগৎলম্বা সভ্যতাদি মরুওইনা মতমপুন্বদা লেংলরোইদবা তেক-কায়রবোইদবা মওংদা থনমলবনি; মসোমদা খঙ্করুবদি নোংচুপ হারমদা হৌগৎলকইবা সভ্যতাদগী মফমসিগীনা য়াম্না হেন্না মাইপাক্লবনি। কাংলুপ খায়দুনা, মপা-মচা-মশু পুন্না চামিন-লৈমিন্নদুনা শেমইবা সমাজনা মরম অসিবু ঙাক্লি, জাত্তিগীদমক সমাজগী লেংদবা ফীবম ঙাকপদা অমদি চহি অহন ওইখিবা, হকচাং শোত্থবকপা, থবক শুনোম্বদা মঙম শাম্মকপা মরমনা মশাবু মশানা য়োকচবা-থাকচবা ঙমদ্রবা মীওইববু শোয়দনা য়োক্লনি হাযবগী অবেপ্পা খংহনবদা মাইপাকলি। অশোনববু লুনা চান্না তৌবা অসিগুম্বা থৌরাংনা অকনবা (মপাঙ্গল কনবা) মীশিংবু খবা মখৈ ব্রাহল্লি, খুবৌ-পারৌহল্লি। পীথোরকপা, ফত্তবা, মতমচাদবা ওইরবসু (ওইরবা ফাওবদা) অসিগুম্বা থৌবাং-চংনবীবু চাংচত্তা শৌগৎর্লব। মসিনা নেম্না নত্রগা ব্রাংনা তেমই; লনাই নাইতোম তাবনা, মসিদা চঙউবা ঙমদে। ভাবতকী দর্শন্না নাইতোম তাবা মবমদা ব্রাংলবসু, মনুং শক্ক মপুং মরৈ ফানা, নাইতোম ওইনা, চাওখৎপগী মতাংদা মপুংফানা লৈববসু, ভারতকী সমাজ শেমগৎ-শাগৎপদি ময়ামগী ওইনা চপ মান্নবনি, ময়ামগী ওইবদা পুক্নিং চংই হায়বসি খংবদা নুংঙাইবা পোকই। মহাক মহাক্না পাম্বদু খঞ্জবদা, থাজ্জবদা, মীপুম খুদিংমক মপুংফানা নিং- তমহল্লমই; অদুবু সমাজগী অমসুং ময়ামগী ওইনা চপ মান্নবা, চংনবীবুদি চেকশিন্না ঙাকপা তাবনি।

য়ান্নবা পুম্বা অসিগা লোয়ননা, ময়ামগী ওইনা কাংলুপ মরক্তসু শেমদোক-শের্মাজিন তৌবা য়াবা কোঙ্গায় অমসু লৈবমই; চংনবীনা হোংহনবা ঙমদবা আইন অমদি সমাজগী নিযম অমতা লৈবমদে। অনৌবা কাংবুগীসু মখোয়গী ওইবা, চংনবী থাজবা (ধর্ম্ম) অমসুং উসব-ব্রাসব (কর্ম্ম) থম্বা ঙমই; অদুদগী হেন্না চাওবা সমাজ কাংবুগী, মখোয়বুসু মেম্বর ওইনা খন্নরমই। হোংদোক হোংজিন তৌবা য়াবা চংন-থোক্লবা য়াবা অসিনা মীরৈবাক্কী মীশিংবু তিনশিনহনবদা মতেং ওইরমই। চংনরোনগী মক, পুন্সিগী মতাংদা কুপ্পা নৈন-থিজিনবা, অতোপ্পা মীশিংগী মতাংদা খাংবা তাবা, পম্নমক অসিনা মসিগী মরুমদা লৈরমই।

লেংদবা অমসুং ফীবম চেৎপনা মরুনি হায়না খল্লিবমখৈ ফীবম অসি অথোয় অহেন নায়বসু কায়দনা চথখিগনি; অদুগা শেম্ভুমগী অহোংবা ফীবম্না মসিবু শোকহল্লব ফাওবদা অমতা ওইনা তিন্নশিনবসি লৈগনি, অমসুং চথখিগনি। হান্না লৈরম্বা লেংদবা ব্রাখলনগা চান্নদবা অহোংবা নাইবা অনৌবা ব্রাখলনা সামাজগী চাওখৎপা ওইরবতদা অশেংবা অহোংবা লাক্লম্মী। নোংচুপ হারমদা থোকইবা অসিগুম্না, অসিগুম্বা ব্রাখল অসিতনা, মমাংঙৈদগী হৌনা লৈজরবা নোংপোক লমদগী

নিয়ম অসিবু মরম্ন ফুকতোকলি। চাওখৎপনা নোংচুপ হায়মদা মরূওইনা লৌরকলবা মতমদা, মদু লেংদনবা (লেংদনা থম্নবা) অমুক তান্নবকই। ভারতদি লেংদনা থম্না ওম্নক্রবনা ভাবতকী মীশিংবু হান্না লৈজবা ফীবম তাববা লম্বীদগী নমদুনা হোংদোকহল্লি; অদুগা হেননা থোয়না চেৎশিন্‌হনবা য়াবা চাওখৎপগী মতাংদা মখোয়বু ব্রাখল খন্থহল্লমই।

মমাংঙৈগী অমদি ময়াইচল্লকপা যুগকী ভাবত্তা অসিগুম্বা চাওখৎপগী অহোংবা অসি লৈবমদে। তৌইগুম্বসুং অহোংবা অমদি লিশাংশিংনা মখা তানা মওং অমদা হোংবগী কান্নবা তৌদবা য়াদবসু মুন্না খংদোক্লগা অমতা ওইনা পুনশিন্নবগী অপাম্বদু পোকহল্লি, অপাম্বা মপুংফানা থুংনবা হোৎনৈ। ভাবত্তা চংলকপা তোঙান তোঙানবা শকক কয়ামকম্বু অমতা ওইনা পুনশিনহনবতা নত্তনা মীওইবগী পুন্সিগী মনুং-মপান অনি পুনশিনহন্নবা, অমদি মীওইবগা প্রকৃতিগা অমতা ওইনা তিনশিনহন্নবসু হোৎনৈ। ঙসি, লাংদায় ময়ি চাওনা লৈবিবা অসিগুম্বা পাকচাওবা লাংদায় তিন্নফম, মমাংঙৈদা শুকলৈ লৈবমদে। অসিগুম্বা ময়ামগী ওইবা চপমান্নবা কলচবগী য়ুম্ফম্না ভাবত অসি শাখিবনি; মান্নদবা খেৎনবা কোঙ্গায় লৈববফাওবদা অসিগুম্বা য়ুম্ফম অমতা ওইনা পুনশিন্নবা ইথিন পুবকই। নিংথৌ কয়া পাল্লে নিংথৌ কয়া তোকপ্লে অদু বাজনিতিগী লেংদ্রবা য়ুম্ফম (মকা) ওইনা, খুঙ্গংগী মশানা মশাবু ঙাকচবা নিয়ম্না ফুক্তোকপা ঙমদননা খাংদুনা লৈবি। মপান লমদগী নৌনা চংলকপা কাংবু অমদি লান্দাবকপা কাংবুনা অসিগুম্বা য়ুম্ফমগী লৈমাইদা খবাগী মখৈ লৈববসু মকওইবা শককপুদি শোকপা ঙম্নমদে। চৎনবী অমদি লৈবাক শাসনগী অখাংকনবা নিয়ম্না, য়েংবদা তম্‌থীনা, (মপান ঙমখৈ লৈতবা) মনিং তম্না উববা ষ্টেট শক্তিবু মথেক চাম থোক্লা থুদেকই। খুঙ্গং-খুঞ্জাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অমদি খুদোংচাববু নিংথৌ অমতনা তবায় তবাযনা চৎখায়বা ঙমলমদে। চৎনবীগী পাঙ্গল, খুদোংচাবগী শক্তিনা মী খুদিংগী অমদি মীয়াম সমাজগী নিংতম্ববু লেংদনা ঙাক্লি।

ঙসি ভাবত্তা লৈবিবা মীশিংগী মনুংদা বাজপুতশিংদা নত্তনা কনা 'মতা অশেংবা ভাবতমচা নত্তে, ভাবতকী কলচব অমসুং চৎনবোলগীদমক চাওথোকচবা যাদে। মমাংঙৈ মতমগী থৌনা ফবা থবক্তি চৎনবী নিয়মগী অচংবা শককনি। বাজপুত অয়াম্বা ভাবত মাইঠিয়ানশিংগী মচা মগুনি হায়নৈ; খবনা ভাবত্তা লাকপা হুনশিংগী মচা-মগুনি হায। জেৎ নত্তনা মপাঙ্গল কনবা মবম ওকপা, লৌ-শিং উবা পাম্বা, লৈবাক্কী অৱা খাংঙম্বা কনামতা লৈবমদে। মহাকপু সাইঠিয়ান্দগী হৌবপনি। অসুম্না কাঠিয়াওৱাবগী মশক মতৌ ফজবা, মবেপ ৱাংবা কাঠি কাংবুসুনি। ঐখোয়গী দেশতা লৈবিবা মী খবগীদি মাখোয়গী হৌবকফম যাম্না শেংনা খংবা ঙমই; অতৈ খবগীদি মদু ওইথোক্তবা ওইনা থোক্লে। মাখোয়গী হৌবকফম ওইনিংবা অমা ওইজববা ফাওবদা মখোয় অয়াম্বদি ভাবত্তা লৈবম-লৈবমইবা কাংবুগা তিন্নদুনা ভাবতকী কলচবদা লুপ্পবা, হৌখিবা খোংলমচত্তা যেংবদা মখোয়গী ওইনা তৌববা, তশেংবা ভাবত মচা ওইববনি।

ভাবত্তা লাকপা, ভাবত্তা তিনশিনপ্রবা, মপান-কাংবুনা ভাবত্তা কযা অমা পীবমই ভাবতকী কযা অমা লৌখি; মদু মশাগী ওইনা হাপচিনখি অমদি ভাবতকী পাঙ্গলদসু হাপচিল্লমই। তৌইগুম্বসুং মসিনা লাপ্পা লৈববদা, শকক য়াবা অমা ওইবা ঙমদ্রবদা, ভাবতকী পুন্সিদা য়াওশিনবা তিনশিনবা ঙমদ্রবদা, ভাবতকী লম্ভুম কলচবগী শকক য়াম্না ঙমদ্রবদা লৈথবগী শক্তিসু মাংখি, মমৈথংদা, কবিগুম্বদা মশামকপু মাংহঞ্জদুনা, ভাবতকী চাওখৎখোংথাংদা অপনবা পীদুনা মশামক পৎথখি, তুমখি।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## তরুকশুবা তাংকক

## ভারত অমসুং ইরাক

ভারতকা মরী লৈনদুনা ভারতকী য়ুম্বান কৈবান অমসুং কলচরদা শরুক য়ারম্বা, মীশিং অমসুং জাত্তিশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী কুইরবা, খ্বাইদগী খাংলম্বদি ইরানগী মীশিংনি। ভারত-আর্য্যগী সভ্যতা হৌবদগী, লৈনরিবা মরী অসিনা তশেংনা হাল্লমই, ভারতকী মীগা অর্য্যগা পুনশিন্দুনা ওইরিবা অসিদগী , ইরানগী মীগা মরী লৈনরকপা অসি পুমতোপ-তোপই; অদুনা ভারত-আর্য্যশিংগা ইরানশিংগা মত খেৎনৈ, পূম্নমক ইতোং তোঙাল্লি। জাত্তিগী ওইনা মরী লৈনরকপনা মখোয়গী কুইরবা মতম কয়াগী মমাংগী ধর্ম্ম অমসুং লোনগী হৌরকফম অমতা ওইনা তৌই। বেদ ধর্ম্মগা নেরোষ্ট্রিয়ানগা অনি অসি মান্নে, অদুগা বেদ-সংস্কৃতকা অভেষ্টাগী লোন, থায়নগী পাহল্ভী লোন অনি অসিসু অমগা অমগা মান্নে। অরিবা সংস্কৃতকা পানিয়াগা, চাওখৎলকপদা তোঙান তানরবসু মখোইগী অহৌবা (হৌরকফম ওইবা) ৱাহে মরূশিংদি মান্নে, মরমদি অয়াম্বদি আর্য্যশিংগী লোনগা মান্নে। লোন অনি অসি, অমদি থোয়না হেন্না মখোয়গী খুৎ-শা হৈবা, অমদি কলচর, মখোয মখোযগী লৈনরিবা মফম, অমসুং ফীবমনা, ওইহনবা য়াবা মওংদা শেমই। পার্শিয়াগী য়েকপা শাবা, ঈশৈ-নোংমাই, ইরানগী লম অমসুং দৃশগা নকশিন্ননা মরী লৈনৈ। মসিনা ইরানগী মীরোন কয়া চখরকইবা, হৈ-শিংবনা খাংদুনা লৈথরকইবনি। ভাবত-আর্য্যগী মীবোন কয়া চখরকইবা হৈ-শিংবসু অদুমঙাই; উন্না কুপ্লবা চীংজাও, পাকচাওরবা জঙ্গল অমদি অৱাং ভাবতকী চাওববা তুবেনশিংনা ফীদম্নফম ওইরিবশিং অসি থোকহল্লিবনি।

ভারতকুম্না, ইবানসু মহাক্কী কলচর ১সুং কলচবগী হৌরকফম অদু অসুক্কী মতিক কল্লি; মাঙোন্দা লান্দারকপশিংবু লায়না খুদুম চনশিল্লি, তত্তনা মখোয়দা তিনশিনহল্লি। তরেৎশুবা এঃ সিঃ দা ইরানবু জয় তৌখিবা আরবশিংনা মখোয়গী (ইরানগী) মখুত্তা থুনা তাখি, চম্লবা মখোয়গী লৈকংলাগী লমচৎ-শাজৎ থাদোক্তুনা, পৃকিতিগী শরুক থাদোক্তুনা পৃথিবীগী ওইবা মওংদা চৎপা ইরানগী কলচরদা লুপখি। ফ্রান্স লোন্না ইউরোপকী লোন ওইবগুম পাকচাওনা শন্দোকখ্রিবা এশিয়া পুম্বদা লৈরিবা চাওখৎলবা জাত্তিশিংগী, পার্শিয়া লোন্না, লোন ওইখি। পার্শিয়াগী আর্ট অমসুং কলচরনা নেংচুপ্পা কোন্সটানটিলোপলদগী গোবি লৈকংলাগী হেক মনাক ফাওবা শন্দোকলমই।

অফগানগা মোগলগনা ভারত্তা পানবা মতমদা, ভারত্তা, ইরানগী ইথিন চংলমই, পার্শিয়াগী লোন্না লৈবাক অসিগী কোট্রত্তা ঙাংনবা লোন ওইরম্মী। বৃটিশকী শাসন হৌরকপফাওবদা মদু অদুম চখরমই। হৌজিক ভারত্তা ঙাংনরিবা লোনশিং অসিদা পার্শিয়াগী ৱাহে য়াম্না য়াওরি। সংস্কৃত্তগী ওম্বরকপা লোন্দসু অসুম্না অসুম মথোকই; লোন কয়া 'মা পুনশিল্লগা ওইরিবা হিন্দুষ্টানি লোন্দনা মরুওইনা হেন্না য়াওরি; মখা মাইকৈদা ঙাংনবিবা দ্রাবিদ্রিয়ান, লোন্দা ফাওবা পার্শিয়াগী ৱাহে য়াওরি। মমাংঙৈদা পার্শিয়াগী লোন্না ইবা ফাওরবা কবি কয়ামরুম ভারত্তা লৈরমই। ঙসি ফাওবদা পার্শিয়ান লোনগী অফাওবা কবি কয়া লৈরি মখোয়গী মরক্তা হিন্দু অমসুং পাঙন য়াওরি।

সিন্দু তুরেনগী লৈতেম মান্নবা লমগী সভ্যতাগা ইরান অমসুং মেশোপোটমির্য়াগী সভ্যতানা মরী খরা মখৈ লৈরমই, মতম অমতদা থোকখি হায়বদা করিমতা চিংননিংঙাই লৈতে। লম অনিসিগী নোম্না অমসুং মোহর (সিন) য়াম্না মান্নে। এতিমিয়ানগী মমাংদা (গ্রীক্কী য়েলহৌঙৈগী ওইবা এমিয়ান জাত্তিগী মমাংদা) ইরানগা ভারতকা মরী লৈনরমই হায়বা উৎনবা প্রমান কয়া'মসু লৈরমই। অডেষ্টাদা ভারতকী মরমদা ইরি, অৱাংথংবা ভারতকী মখল কয়াগী শক্তমসু মাদুদা উৎলি। পার্শিয়াগী মরম খৃগবেদদা ইরি-পার্শিয়ানশিংবু 'পার্শবা' হায়না কৌই মমৈথংদা পরাসিকা হায়না খংনৈ; মদুদগী হৌজিক

হায়নরিবা বাহে 'পার্শি' খোয়রকই। পার্ঠিয়ানশিংবু পার্ঠবা হায়না খংনৈ। ত্রচিমিয়ান শাগে খোয়রক্লিঁডো ইরান অমসুং অবাং ভারত, হায়না মমাংইঁডেদগী হৌনা অমগা অমগা য়াম্না লোন্দিন্নরমই। নিংথৌশিংগী নিংথৌ, সাইরস ডি গ্রেট্কা মরী লৈনরম্বগী রেকোর্ড ঐখোয়না ফংই। ভারতকী ওমথৈ ওইরিবা, চাওরাক্লা কাবুল অমসুং বেলুচিষ্টান ফাওবা সাইরস্না লাক্লমই। খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি তরুক বাৎলিঁডেদা ডরিয়সনা পানবা মতমদা পার্শিয়া সম্রাজ অসি সিন্দু অমসুং চাওরাক্লা নোংচুপ পঞ্জাব য়াওনা, অবাং নোংচুপ ভারত ফাওবা শন্দোক্লমই। মতম অদুবু ভারত ইতিহাসতা বেরোষ্ট্রিয়ানগী মতম হায়না খংনরমই; মতমদুগী শক্তিনা শিনবা থুংনা শন্দোকলম্মী। নুমিৎ পূজা তৌবা চংনরমই।

ডরিয়সনা লোয়চনবা ভারতকী শরুক্লা সম্রাজ মনুংদা খাইদগী ইনাক খুল্লমই অমসুং খাইদগী হেন্না মীশিং য়াল্লমই। লৈবাক লৈহাও চেন্দ্রবা হৌজিক্কী সিন্ধুগা মতমদুগী শিন্ধকা য়াম্না খেৎনরম্মী। কুংন তাবা ভারতকী মীশিং ভারতকী লম্ভুম ডরিয়স্তা ভারতনা লোইপোৎহাবা শরুক্কী মরমদা হেরোডোটসনা ঐখোয়দা হায়রমই, 'ঐখোয়না খংব মীশিংদগী ভারত্তা লৈরম্বা মীগী মশীংনা য়াম্না হেল্লি; অতৈনা পীবা লোয়পোৎকা চাংদম্নবদা ভারতনা পীবনা য়াম্না হেল্লি—স্রা টেলেন্ট ৩৬০ (পাউণ্ড ষ্টার্লিং কোটি অমা খরহেনবা)। খোংমী লাম্মী, শগোলতোংবা দোলায় তোংবা য়াওবা পার্শিয়াগী লাম্মী তেঙ্গোলদা ভারতকী লাম্মী য়াম্না য়াওরমই হায়না হেরোডোটসনা হায়রম্মী। মমৈদা শামুসু য়াওই হায়রমই।

খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি তরেৎ বাৎলিঁডেগী মমাংদগীনা, মতুং চহি কয়ামরুম ফাওবা ভারতকা পার্শিয়াগা লল্লোন-ইতিক তৌমিন্নরম্বগী প্রমান লৈ; মমাংইঁডেদা মরু ওইনা ভারতকা বেবিলনগা লল্লোনমিন্নরম্বসি* পার্শিয়ান গল্ফ লোমদা চহুনরমই হায়না থাজনৈ। সাইরস অমসুং ডরিয়সনা লান্দারকপদগী, খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৬০০ বাৎলিঁডেদগী হৌনা হকথেংননা মরী লৈনখি। আলেকজেণ্ডরনা লান্দরকপা মতুংদা চহি চা কয়ামরুম ইরান, গ্রীক্কী শাসন মখাদা লৈরমই। ভারতকা মরী লৈথনরমই। অশোক্কী ফুরা দলান শাবদা পার্শি স্কপালিসকী নোম্না অমসুং খুৎ চংলম্মী হায়নৈ। অবাংনোংচুপ ভারত্তা অমসুং অফগানিষ্টান্দা ফজনা শাগৎলমবা গ্রেকো-বুদ্ধগী নোম্নাদা ইরানগী খুৎ চংলমই। গুপ্তনা পানবা মতমদা, খৃষ্টাব্দ ৪/৫ শুবদা, ভারত্তা ফাওরম্বা খুৎশা হৈবা অমদি কলচরগী থবক পূম্নমক ইরানগী মরী লৈনরম্বা ঙাক্লি।

শাসন্দা তত্তনা ভারতকী মনুংচনবা কাবুলগী ওমখৈগী লম, কান্দাহার অমসুং সেয়িষ্টান, ভারতবাসিশিং অমসুং ইরানগী মীশিংগী উন্নফমশিংনি। পার্ঠিয়ানগী লোয়শিল্লক্কবা মতমদা মখোয়বু "হৱাট ইণ্ডিয়া (অঙৌবা ভারত)" কৌনরমই। মফমশিং অসি পল্লদুনা, ফ্রান্সকী পণ্ডিত জেমস ডার্মেষ্টেলারনা হায়, "খৃষ্টনা পোক্কদবা অমদি পোক্লবা মতুং চহি অনিগী মতমদা অঙৌবা ভারত হায়না খংনরম্বা মফমশিং অসিদা থাঙ্গেশেংনা হিন্দুগী সভ্যতা লৈরমই; পাওন্না লান্দারক্লিঁডেদা ইরানগীদগী ভারতকীনা হেন্না লৈরমই।

অবাংদা কংফানগী লম ফাওনা ভারত তান্না লল্লোনবগী থবক তৌনরম্মী, লমকোয়বশিংনা লাক্লরমই। (খাদা) খা ভারতনা সমুদ্রগী লমদা লল্লোন-ইতিক্কী থবক তৌরমই; সমুদ্রদা চক্তুনা লল্লোন-ইতিক তৌবনা লম অসিবু (খা ভারতপু) অতৈ লমগা মরী লৈনহল্লমই। খাদা লৈবা লৈবাক্কা সাস্সানিডাশিংগী পার্শিয়া লৈবাক্কা, লৈবাক অনিগী রাজদুতশিংনা অমনা অমগীদা লৈনবগী রেকোর্ড লৈ।

তর্কী, অফগান, অমসুং মোগলশিংনা ভারত্তা লান্দারকপনা ভারতকা ময়াই এশিয়া অমসুং নোংচুপ এশিয়াগী মরীবু য়াম্না থুনা হেনগৎহল্লমই। তরামঙাশুবা খৃষ্টাব্দদা (আর্ট অমসুং সহিত্যনা ইউরোপ্তা মতম অমা কন্না চাওখৎলকপা মতমদা)

---

* **Money** — *1 Talent = 60 minac = 6,000 drachmac = £ 240 (approximately)*

**Weight** — *1 Talent = 57 ¾ lb approximately*

*Prof. A.V. Williams Jackson, in the Cambridge History of India, Vol. 1. page 329.*

ইরান্না কন্না হিতোংদুনা টিমুরিডকী আর্ট অমসুং সাহিত্যনা সমরকাণ্ড অমসুং বোখড়াদা চাওখৎলম্মী। টিমুরগী শাগৈদা পোকপা যুবরাজ বাবরনা মহাক্কী অকোয়বা শাগৈ নাতৈ হুন্দোক্লমগা ভারত্তা লাক্লুনা দিল্লীগী সিংহাসন কাখি। মসি তরাতরুককুণ্ডবা খৃষ্টাব্দগী অহানবা শরুক্তনি, মতম অসিদা সাকবীগী লুচিং মখাদা ইরান্না খুৎশা হৈবদা য়ৌনা ফাওখি — মতম অদু পার্শিয়ানগী আর্টনা খমথেংনা চাওখৎখিবা চহি (গোল্ডন এজ) হায়না খংনরম্বা মতমনি। বাবরগী মচানিপা, হুমায়ুন্না চংজখিবদু সাকবী নিংথৌদনি; হুমায়ুন্না ভারত্তা অমুক হল্লকপদি মহাক্কী মতেংননি। ভারত্তা পানবা মোগল নিংথৌশিংনা ইরানগা নক্লবা মরী থনমই; মোগলগী অচৌবা নিংথৌশিংগী কোর্ট্রতা মিংচৎ অমসুং মরাইবক য়েংগে হায়দুনা (পার্শিয়াগী) পণ্ডিত অমসুং খুৎশা হৈবা মীওই কয়ানা ভারতকী গুমখৈ লান্দুনা মরী মরী লাক্লমই।

অনৌবা খুৎশা হৈবা থবক, ভারত্তা য়াম্না চাওখৎলমই; ভারতকী ফীদমগা পার্শিয়াগী খুৎশা হৈবগী ব্রাখলগা পুনশিন্দুনা শাবা, লেন্নবা, ফজরবা ফুরা দলান কয়ানা দিল্লী অমসুং আগ্রা থল্লমই। খাইদগী ফাওবা দলানশিংগী মনুংদা তাজমহলগী মরমদা ফ্রান্সকী পণ্ডিত, এমঃ গ্রোসেৎনা হায়রম্মী, "মসি হুকচাংনা ভারতকী ওইবা ইরান্না থরাই ওইবা শক্তমনি।"

ভারতকী মীগা ইরানগী মীগা হৌরকফম অমদি ইতিহাসতা অসুক নকশিন্না মরী লৈনবগুম্না কনাগুম্বা মীশিং অমতা লৈনদ্রি। লাইবক থীবদি, শাংনা, চান্ননা, ইকাইখুম্ননা তিন্নরকপা অসি নাদির শাহনা লান্দারক্লুনা চহি চনিগী মমাংদা, মতম খরদং অকীবগী মশক ফংলবা অব্রাবা, মাংতাকহনবনা লোয়শিনহনখিবসিনি।

মদুদগী বৃটিশ লাক্লমই; থোং পুম্নমক মখোয়না লোনখী, অচৌব পোরোন হাপচিন্নখি; এশিয়াদা লৈবা ঐখোয়গী য়ুমলোন কৈবোন্নবশিংগা ফাওনরম্বা লম্বী পুম্নমক মখোয়না থিংজিনখি। ইউরোপকা মরুওইনা ইংলণ্ডগা নর্কশিন্ননা পুবকপা য়ানবা সমুদ্র লান্না অনৌবা লম্বী শেম্লমই। হৌজিক্কী মতমদা, চাওখৎলক্লবা, নোংথক্কী লম্বীনা ঐখোয়গী থায়নগী মরুপ-মপাংশিংবু অমুক হন্না উন্নদ্রিবা ফাওবা, ইরান, মধ্য এশিয়া অমসুং চীনাগা ভারতকা, কংফানগী লমদা লৈনবম্বা মবীদু ককখি। এশিয়াগী অতৈ মফমগা তিন্নহন্দনা খুদক্তা তরক তবক তাহনবসি বৃটিশনা ভারত্তা শাসন তৌবদগী ওইবকপা খাইদগী কাওবা য়াদ্রবা নুংঙাইতবা ফলনি।*

হৌজিক্তি ইরানগা য়ানবা মরী অমতা লৈত্রে তৌইগুম্বসুং মমাংঙৈদদি তৎপা লৈত্রবা মবীগী মান্নবা লৈরমই। চহি চা-তরাহুমদোয়গী মমাংদা ইসলান্না ইরান্দা লাকপা মতমদা থায়নগী বেরোষ্ট্রিয়ান ধর্ম্ম চৎপা মী লিশিং চামা-চামানা ভাবত্তা চংলক্লমই। মখোয়বু তবাম্না ওক্লমই; খা-থংবা তোর্বান্দা (সমুদ্র মপান্দা) মখোয়না খুন্দাখি; কনাদসু য়েৎশিন্দনা মখোয়না মখোয়গী ধর্ম্ম অমদি চৎনরোন কায়দনা চৎলমই। পার্শিশ হায়না কৌবা কাংবুনা ইংনা য়াম্না পামজনা ভাবতকী মী ওইনা লৈখি, ভারতপু মখোয়গী ময়ুম ওইনা খনখি; অদুম্নদি ওইবগা মখোয়গী হান্নগী লোনচৎ-শাজৎ অদু করিমতা কায়দনা অপীকপা কাংলুপ অমা ওইনা তোঙান্না তোপ-তোপ্না লৈখি। অতৈ কাংলুপকা চারৌ-মৌরৌনবা মখোয়না য়ারমদে; মদুগী করিগুম্বা খুদম (চারৌ- মৌরৌনখিবগী খুদম) অমতা লৈতে। মদুমক ভারত্তা করিমতা ঙক্লা থোক্তে মরমদি ভারত্তা লৈবা মীশিংনা মাগী মাগী কাংলুপ মনুংদতা (লৌন-লৈনরমই) লুহোংনরমই। মখোয়গী মীশিং হেনগৎপদা য়াম্না তপ্পমই; হৌজিক ফাওবদা মখোয়গী মীশিং অসি লিশিং চামা মুক্তা মঙাইরি। লল্লোনবদা মখোয় য়াম্না চাওখৎলমই; ভারত্তা মখোয়না খুৎশা হৈবগী থবক্তা লুচিংবা কাংবু ওইরমই। মখোয়গা ইরানগা মরী অমতা লৈনখিদে; মখোয় চপচানা ভারতকী মী ওইখি; অদুমনদি ওইরগা হান্নগী চৎনবীবু মখোয়না থাজবনা মখোয়গী য়েলহৌঙৈগী লৈফমবু তত্তনা নিংশিংহল্লি।

---

* *প্রোঃ ইঃ জেঃ বেপসন্না ইবমই, "মথাপোনবা শাসনগী শক্তি ময়াম অমা পুন্সিন্দুনা অমতা ওইনা ঈশিংগী শক্তি শেমগৎখি; মদুদগী হৌদুনা ঈশিংগী লম্বীবু পায়শিনখি; ফীবম চেৎননবা কংফালগী লম্বী পুম্বা থিংজিনখি। আফগানিষ্টান, বেলুচিষ্টান অমসুং বর্ম্মানচিংবা ভাবত সম্রাজগা লোম্নদুনা লৈবা লৈবাকশিংগা মবী লৈনবা বৃটিশ পোলিসিগী মকদি অসিনি। রাজনিতিগী লমদা অমতা ওইনা থমদবা য়াদবা মতাগুম তরক-তবক থমখি। অসুম্না ভাবতপু তরক থম্বসি ভারত ইতিহাসতা চাওববা প্রবন্দ অমনি হায়না ঐখোযনা নিংশিংবা য়াই। মসি, হৌজিক অমসুং হৌখিবা মতম অনিগী তোঙানবা খেৎনবা তাকপা চাওববা লংদায় অমনি।* *(The Cambridge History of India. Vol-1, page 32.)*

ইসলাম ধর্ম্ম চৎত্রিঁগুদা মমাংঙৈগী ওইনা লৈরম্বা মখোয়গী সভ্যতাবু হৌজিক হঙ্কুনা ইরান্দা য়েংনরমই। মসিগা ধর্ম্মগা মরী করিমতা লৈনরমদে; মতম অসিদা য়েলহৌঙৈগী ওইনা লৈরম্বা শাজৎ লিচৎ-চৎনরোম্না মতম শাংনা মাংদনা লৈবা উরগা মখোয়না চাওথোকচরমই; মসি মখোয়গী কলচর অমনি, জাত্তিগী ওইবনি।

পৃথিবীগী চাওখৎ খোংথাং অমদি ময়াম্না মান্নবা পাম্নরকপনা এশিয়াদা লৈবা লৈবাকশিংনা মাগী মাগী ওইবদু অমগা অমগা য়েংশিন্নবা হৌরকলমই। ইউরোপ্পা খুদুম চনবগী মতম অদু, ফত্তবা থৌশাদবগুম্না, থুনা হৌখিরমই , অদুগা মমাংঙৈগী মতমদা চান্নবা মরূপমপাং ওইনা, অমতা ওইনা লিচিংনা চাওখৎ খোংথাংদা লমজেন তান্নরমবদু নিংশিংনরমই। ভারতনা চীনাগা নকশিন্নবগুম্না মতুংদসু ইকুই-কুইদনা ভারতকা ইরানগা নকশিন্নরকখিনি হায়বা করিমতা চিংননিংঙাই লৈতে।

ইরানগী কলচরনা মিসনগী লুচিংবা অমনা ভারত্তা লাকপদা থা অনিগী মমাংদা এলাহবাদ সহরদা মহাক্না হায়খি, "পার্শিয়াগী বারীদা হায়নবগুম্না, অমনা নোংপোকলোমদা অতোপ্পা অমনা নোংচুপলোমদা চৎনখিদুনা মহৈ মহৈ কায়নখিবা মচিনমনাও অনিগুম ভারতকা ইরানগা অনি অসি মতম চানা মচিন মনাওগুম লৈমিন্নরমই। মখোয়গী ইমুং মনুংশিংনা অমগা অমগা কাওথোক্লম্রে; মখোয়গী মান্নবা লৈহৌরিবা হায়ববু হৌজিক মখোয়না বাঁসী (তৌদ্রি) খোংবদা থোকইবা থায়নগী ওইবা অরিবা খোম্থাং মায়রিবা অসি মঙাইরে। চহি কুমজা কয়া কয়া হৌপ্রবা মতুংদা হায়রিবা খোম্থাং অসিনা কাংবু অনি অসি অমগা অমগা মশক খংনহল্লি অমসুং নিংশিংনহল্লি। চহি মতম কুইপ্রবা ঐখোয়গী অরিবা ঈশৈবু বাশীদা হাপ্পুনা খোংলগা মদু তাবদা ঐখোয়গী ভারতকী ইচিন ইনাওশিংনা ঐখোয়বু মখোয়গী মচিন মনাওনি হায়না খংবীনবা অমদি মখোয়গী ইরানগী মচিন মনাওশিংগা অমুক হন্না তিন্নবা ঐখোয়না ভারত্তা লাকপনি।"

# মঙাশুবা পন্দুপ

## তরেৎশুবা তাংকক

## ভারত অমসুং গ্রীক

থায়নগী গ্রীক্লা ইউরোপকী সভ্যতাগী হৌরকফম মরুনি; নোংপোক অমসুং নোংচুপ-সভ্যতাগী হৌরকফম খেৎনবগী মরমদা য়াম্নসু ইনখ্রে। মসি ঐহাক ভাব তাদে; হায়নরিবসিগী অয়াম্বা শরুক্তি শেংদে, বিগাবিক ওইদে, অচুম্বা মবমচাবা শরুক য়াওদে। হন্দক্ত ইকুই কুইদবা ইউরোপতা নৈনবা ৱাখন খনবা কাংবুনা খন্নখিবদি, মতমদুগী ওইবা পুম্নমক্কী হৌরকফমদি গ্রীক অমসুং রোমনি হায়নখি। মফম খরদা সার হেনবী মেৎন্না হায়খিবদি প্রকৃতিগী শেরান্নবা শক্তি নত্তনা গ্রীফতগী হৌখিদবা করিগুম্বা অমতা পৃথিবীদা লৈতে। গ্রীফ অমসুং লাটিনগী অরিবা লোনবু কুপ্পা নৈনরবা ইউরোপকী থায়নগী পণ্ডিতশিংনা ভারত অমসুং চীনাগী মরমদা খজিক্তফাওবা খংদে। অদুবু প্রোফেসার ইঃ আরঃ ডোডভস্‌বা কনশিনা হায়বদি "নোংপোক হায়বগী সভ্যতগী মায়োক্তা গ্রীক্কী প্রজাদা থোরকই, মমাংঙৈগী পণ্ডিতশিংগী ৱাখন নৎতনা নোংপোক হায়বগী সভ্যতাদগী গ্রীক্কীনা-তোঙানবা অমা নত্তে হায়রখী"।

ইউরোপতা পণ্ডিতকী ওইবা জ্ঞানদি মতম য়াম্না শাংনা গ্রীক, হিব্রু অমসুং লেটিন্দা লৈবনা মবোইবে; মদুগী থোরকপা পৃথিবীগী শক্তমদি ভুমধ্য সাগরগী পৃথিবীগী শক্তম অদুনি। অহোংবা অমদি হাপ্তোক-হাপচিন কযা তৌদবা য়াদদুনা তৌবা-তারবসু মরুওইবা ৱাখলদি লিরবা রোমানগীগা খেৎনবা নত্তে। ইতিহাস অমসুং লমগী লমখৈনা লেপ্পা সাশনগী শকলোন, কলচর অমসুং সভ্যতাগী চাওখৎখোংথাং-অসিনচিংবগী ফীবম অমসুং মওংবু হায়খ্রিবা ৱাখল অদুনা লাকশিনবতা নত্তবা বিজ্ঞানগী চাওখৎ খোংথাং লোমদসু ৱাখল অসি চংলকই। মতমদুগী মীশিংগী জ্ঞানগী শার্কক্তি প্লেটো ১সুং এরিষ্টোতলনা খুদুম চাখ্রবনি। এশিয়াদা লৈবা মীশিংনা খঞ্জবা ৱাখল খব-মখৈ ইউরোপকী ৱাখলনা মচু শংলকপা যাওরকই; মদু ফাওবদা পাম্না য়ানিংনা লৌনরমদে। মদুদা জ্ঞান তাবফাওবা অথিংবা ৱাখল অমা পোকই; পোকইবা ৱাখল অদু, থোকপা অমা তৌদুনা, হান্না লৈজবা শক্তমগা চাহয়গদবগী হোৎনবা ইথিন অদুনি। পণ্ডিতশিংনা "অশুম্না থাজবীবর্বদি, নোংপোক্লা নোংচুপকা অসিগী মরুওইনা খেৎনবা শরুক অদু লাইরিক হৈতবা মীয়াম ফাওবা কয়াদা থাজনরমগবা। ইউবোপকী খুৎ-শা হৈবা অমদি মদুদগী মখা তাথরকপনা মী পুম্নমক্কী মপুক্লিংদা, থোয়না ময়েকশেংনা খেৎনবা অদুবু মসি তাহল্লি। অদুগা শেবান্ননা খনবা মরিং মরাংবা ৱাখলনা থায়নগী গ্রীকপু হৌজিক লৈবিবা ইউরোপ অমসুং আমেরিকাগী মপা নত্রগা মমা ওইবা খলহল্লি। পৃথিবীগী হৌপ্রবা মতমগী হেনগৎলকপা জ্ঞান ৱাখল খনবা মীওই খবগী ৱাখলদা ৱাফম অসিবু মরাচেৎনা থাজন্নদে; তৌইগুম্বসুং মীয়ামগী ওইনা য়েংলুরবদি চহি চা কয়াগী ৱাখলনা অচুম্বা ওইবা নত্রগা চুমদবা ওইনা চৎথরকপনা, তারকপা জ্ঞানগী ইমাইথক্তা মংগুম্লবা মশেং-মরাংনবা শরুক্লা লুফেৎ-লাফেৎ তাওইননা, অকাশকা তাইনবা কংফানগী তাইনফমদা মিৎয়েং কারন লান্না খরা খরা ওইনা মমি শামখিদুনা মমৈথংদা মখোয়গী ওইবা, মখোয়না পামজবা মওং অমা তাখি।

ইউরোপ অমসুং আমেরিকানা খুৎশা হৈবা থবক্তা য়াম্না চাওখৎখ্রে, অদুগা এশিয়াদি হীরম অসিদা য়াম্না শোথহৌরি হায়বসি নত্তনা নোংপোক অমদি নোংচুপ হায়বা ৱাহৈশিং শীজিন্নরিবা অসি ওইবা ভাব তাবা ঙমদে। খুৎশা হৈবগী থবক অসি হৌজিক, পৃথিবীগী ইতিহাসতা অনৌবা থৌদোক অমা ওইরক্লে, অতৈ অতোপ্পা অমনা ওইবদগী হেন্না থৌদোক অসিনা পৃথিবীগী শকলোন হোংহল্লে অদুগা; হোংহল্লি লেপ্পুনা। গ্রীক্কী সভ্যতাগা ইউরোপ অমসুং আমেরিকাগী হৌজিক্কী সভ্যতাগা অনিগী মরক্তা মশা অমতগী ওইবা মরী লৈতে। থাঙ্গৈশেংনা কান্নবা মরুওইবা থৌদোক্তি, নুংঙাইব-

শরুক য়াওগদবনি হায়বা মরমনা হৌজিক কালগী ৱাখলগা, গ্রীক অমসুং থায়নগী ওইবা সাহিত্যগী ৱাখলগা য়াম্না থীনা তায়ওন্নে। হৌজিক পায়খৎনরিবা থবক্তা চান্নবা, লৈবাক পুম্নমক অমত্তা ওইনা পুনশিনহনবা য়াবা, লৈবাক পুম্নমকপু চপ চান্ননা অথোয় অহেন থম্বা য়াবা. ধর্ম্ম অমসুং হিংদুনা লৈনবা অকুপ্পা মরমবু গ্রীক, ভারত, চীনা অমসুং ইরান্না মতম চংনবা থিবা লাক্লরি। ফীদম্নফম ওইবসিনা পুন্সিগী মতাং খুদিংদা, সাহিত্যদা, কলাকারগী থবক্ত, অমসুং শিন্দমশিংনা, লুপশিনখি, লোয়ননা মান্নবা চাংচৎ পুরকই; অমদি মপুংফাহল্লি। ৱাখলদা তারিবা মমি অসি পুম্নমক চুমদবা পুন্সিগী ওইবা য়াবা ফীবমশিং অদু য়াম্না খেৎনবকপা য়াই। ইউরোপ অমসুং আমেরিকানা মখোয়গী অহাংবা মতমদা য়াম্না থাগত্তুনা ঙাংনবা, মখোয়গী থম্মোইগী অপাম্বদু থুংহন্নবা, নত্রগা হৌজিক লৈনবিবা মৈগুম শারবা লৈকংলাদা ওয়োশিস (উৱা হৌবা ঈশিং লৈবা মফম) ফংনবা, অবাপ্পা মীগা থিমিন্নরিবা অদুগুম্বা গ্রীক্কী মিৎয়েং ওই নায়েং ১সুং মখোযনা চৎথরকপা নাওংদগী হৌজিক্কী ইউরোপ অমসুং আমেরিকানা কয়া লাপ্পা চংশিনখ্রবগে হায়বসি নিংশিংনবা, দরকার ওইরে।

নোংপোক অমদি নোংচুপ্তা লৈবা লৈবাক অমসুং মী খুদিংমক্কী মশা মশাগী ওইবা ৱাখল অমদি ৱাহে-ৱাতা লৈজবা ঙাক্লি অদুগা পুন্সিগী যৌদোকপু মশা মশানা পামদবা মওংদা ফোংদোক্লবা হোৎনবা ঙাক্লি। গ্রীক্কীদি মহাক্না পামজবা মওংদা মপুংফাই নিংথিজে, ভারতকীসু অদুমঙাই। থায়নগী ভারতকা থায়নগী গ্রীক্কা অনিসি অমগা খেৎনবমই; অদুবু ফনা য়াম্না খেৎনববসু থায়নগী ভারতকা থাযনগী চীনাগা মরী লৈনবম্বগুম, অনি অসি মরী লৈনে। লৈবাক পুম্নমক অসিগী চপমান্নবা, পুকচেল-চাওথোকপা মিৎযেং, খাংবাকনবা মগুন, ঈশ্বরবু থাজদবা শক্তম, পুন্সিদা নুংঙাইথোকপা ৱাখল লৈবমই; অহন ওইবা মীবোনশিংদগী খোমজিনবা জ্ঞান্দগী ফংহৌবা জ্ঞান, অঙকপা ফংনা নিংথিজবা মশীং লাকঙমদ্রবা প্রকৃতিগী শক্তম, ফজবা খুৎশা হৈরবগী থবক ১দি ইঁশৈ-নোংমাইবু পামজবসু, মখোযগী, লৈবমদবা নত্তে। অকোযবদা লৈবিবা পৃকৃতিনা পীবা মাগী মাগী জাতি ওইবা থোযদোক হেনদোকপা মগুণ মতুংইন্না মখোয খুদিংমক চাওখৎলমই; অতৈ জাতিদগী হেন্না মখোযনা মীওই গী পুন্সিগী মবমদা কুপশিন্না থিজিনবা হেল্লমই। মখোযনা থিজিনবা মওং অদু খেৎনবমই। জাতি অমা ওইনা গ্রীক্লা হৌজিক মতমদা অথোযবা ওইনা লৈবা যাবনি; মখোয়না শেমজবা, অমদি মখোযগী অকোযবদা লৈবা ফজবদু মখোযনা উবদা মখোয়না নুংঙাইবা পোকলখী পুকচেল খোয়জেল তিন্নবমই। হৌজিকফাওবদসু ভারতনা অসগুম্বা নুংঙাইবসি পোক্ুবা নত্তে পুকচেল খোযজেল তিন্নদবা নত্তে অদুবু মতম অসিদা মখোযনা য়াম্না থুনা খন্দুনা ৱাখলদা যেংশিলি; অঙকপা ৱাহংগা লোযননা মখোযগী ৱাখলনা ফত্তবা মাইকৈদা চংশিল্লি। অসিগুম্বা ৱাহংবু অমদি ৱাহংশিং অদুগী অঙকপা ওইবকপা যাবা ফলবু মপুংফানা হান্না খংবনা চীনানা মশাগী জ্ঞান্না অসিগুম্বা ফীবমদা তাদনবা নাপ্লোক্লবা লাক্লে। তোঙান তোঙানবা মওংদা লৈবাক খুদিংমক্লা পুন্সিগী ফজদবা মপুংফাববু ফোংদোক্লবা লাক্লবি। ভারত অমসুং চীনাগী মবাচেৎলবা; হৌবকফম অমদি লৈবিবা ফীবমদগী তাদনা লৈনবা শক্তি লৈ হাযবসি ইতিহাসনা উৎলি। মখোয়বু থীনা নিকহল্লবসু, যাম্না শাথিনা মাংহল্লবসু মখোযনা লৈবিবা ফীবমদা ঙাশিফাওবদি লেংদনা হিংলি; মতুংদা কবিথোক্লগবা মদুদি অমম্বনি। মশেক মঙান ফনা শন্দোকখ্রবসু থাযনগী গ্রীক্কী মপুন্সিদি তেল্লমই। ফজববা ফনা দলান কয়া শেমগৎ শাগৎলমলবসু, তুংদা ওইবকইবা কলচববু হান্নগীনা খবর্মখে লাকশিন্নবসু, মপুংফাববা পুন্সিগী তেল্লবা লংলবা মতমদুবু নিংশিংলবসু থাযনগী গ্রীক অদু লৌখিদ্রে। হৌজিক্কী মতমদা মদুবু য়াম্না চংখোন্না ইবতা ওইববা, থায়নগী ওইনতা অদুম মবৈবে।

ইউরোপকী জাতিশিংনা মখোয়বু থায়নগী গ্রীক্কী থম্মোই চেনবা মচা-মগুনি হায়জববসু মখোয়দগীদি ভারতনা থম্মোইদা শক্তমদা থায়নগী গ্রীক্কা নকশিন্নবা হেল্লি। মবমচাবা ৱাখলগী অনৌবা ইচেন ফাওবা হোংহনবা ঙমদবা, অবেপ্পা ৱাখলগী ইচেন্দা লেপ্তুনা ঐখোযনা তাওথবনা গ্রীক্কা নকশিন্নে হায়বসিফাওবা ঐখোয়না কাওথোকপকুম তৌবে। অসুম্না হায়নৈ, ভারত্তি ধর্ম্ম চেল্লি, দর্শন শাস্ত্রদা লুপই; ভাবনা শাবা ৱাখলদা তাওই, প্রকৃতি অমদি ভাবাথগী অচুম্বদা লুপই, পৃথিবীদা খন্নবিবা ৱাখলগা মরী লৈনদে, লাম্বা ফংদ্রবা মংগী ৱাখলদা লুপই-অদুগা মতুংদসু অসুম মচৎথখিগনি। অসুম্না ঐখোয়দা হায়রমই, পৃথিবী অসিবু খুদুম চন্নবা মদুমক মপুংফাহন্নবা, কনাথক্তা, ৱাখল লৈবা মীশিংনা য়ৈখায়বা ঙমদবা মদুমক তৌবদা নুংঙাইবা পোকহন্নবা, ভারতপু মশাগী ৱাখলদা লুপ্তুনা লৈহন্নিংই, ভাবাথগী ৱাখল ইচেন্দা ভারতপু

তাওহন্নিংই, ঐখোয়দা অসুম্না হায়রম্না, মীওইশিংনা। অদুগা মসিমক ভারতনা তৌবতনত্তবা মদুদগী হেন্না চখরি। অঙাংগী ইচম চম্বা, লায়থোকপা ৱাখল, পাখংগী থৌশাদবা অমসুং অপাম্বনা হোয়বা লিচৎ, অৱা-নুংঙাইবা পুম্নমক ফংলবা জ্ঞানগী শাংলবা খোংচত্তগী থোরকপা ৱাখল লেপ্পবা মীওইগী মপুং মরৈ ফারবা জ্ঞান, — ভারতনা কুপ্পা খংলবনি অঙাংওইবগী মতম, মথোৎ কারকপগী মতম অমসুং অহন ওইরকপগী মতমবু হন্না হন্না ভারতনা নৌথোকহল্লি। অহন ওইশিল্লকপা অমসুং পাক-চাওবগী অঙকপা মপাঙ্গলনা মহাক্কী অরুম্বা শরুক ৱাংহল্লে; চৎনলোন্দা থৌশারক্তবা অমসুং ফত্তবা হৈনবনা মহাকপু চাশিল্লক্লে; উতাংবী কয়ানা মঙোন্দা নপশিল্লক্তুনা মহাক্কী ঈ-চুপলে; তৌইগুম্বসুং পুম্নমক অসিগী মরুমদা লৈরি কুইনা পুন্সিরকপগী শক্তি, মতম কুইরবা জাতি অমা ওইরকপগী মপুংফানা মাংদবা জ্ঞান। মরমদি ঐখোয় য়াম্না অহন ওইরে। শরক শিদবা চহি-চা কয়ানা ঐখোয়গী না-পদা মুরুম মুরুম শোল্লি; অদুবু হৌগ্রবা মতমগী মংলান অমদি নিংশিং-ৱাখলনা ঐখোয়গা লোয়ননা খাংলবসু, হন্না হন্না ঐখোয়গী ইনখৎলকপা ফীবম করম তৌরগা ফংগদবগে হায়বদি ঐখোয়না ফংলি।

মীওইবগী অথোৎপা ৱাখল নত্তনা, মখল মথেনগী শাংলবা কলচরগা, পুন্সিবু কুপ্পা খংলবা জ্ঞান্না অমদি জ্ঞানগী অঙকপা খোংচৎ ভারতপু মপাঙ্গল কন্না, চহি মতম শাংনা থনমলিবসি, অরুবা মন্ত্রনা নত্রগা শিষ্যদা তম্বীবা জ্ঞান্না নত্তে। মহাক্কী মপুং মরৈ ফারবা মপাঙ্গলদি চহি চহি খুদিং মহাক্কী পাক-চাওনা শন্দোক্লবা সাহিত্যদা, কলাকারগী থবক চংশিন্দুনা উৎলি; ঐখোয়না খংইবদি মদুগী শরুক খরতনি; অয়াম্বা শরুক্তি হৌজিক ফাওবা লোত্তুনা লৈরি নত্রগা পৃকৃতিনা অমদি মশাগী ওইনা ফজববু মাংহন্নিংবা মীওইবগী লমচৎ-শাজৎনা অয়াম্বা শরুক মাংহনখ্রে। ইলিফেন্টা-গুহানুংদা লৈরিবা ত্রিমূর্তিনা ভারত মশামক্কী মমাই কয়া লোংলবা শক্তমনি, মহাক্কী মগুণ, য়েংবদা থম্মোইদা পাল্লবা মমিৎ ময়াম, য়াম্না খন্দবা মিৎয়েংনা ফোংদোকপা ৱাখল, ইখং-খংবগুম উৎপা ৱাখলগী মিৎয়েংগা লোয়ননা ঐখোয়দা য়েংথরকলি। আছন্তদা লৈরিবা মূর্তি ময়াম অদু অতপ্পা, ফজবানুংশিবা অমদি অহিংবা শক্তমগুম মপুংফারবা ঙাক্তি অদুম্নদি ওইরগা মতমচুপ্পদা করিগুম্বা খরা ঈচিংদ-চিংনবগুম অমদি লাম্বা ফংদ্রবা ৱাখলগী শকফম উৎলি।

ভুগোলগী ওইবা লৈফম অমসুং অইং-আশা মতুংইন্না, গ্রীক, ভারতত্তগী তোঙাল্লি। মফমদুদা তুরেল চেন্দে, বন জঙ্গল লৈতে, অচৌবা উ হৌদে অদুগা মখোয় অসি ভাবত্তদি পীকথন্না লৈ। সমদ্রনা, মাগী পাকচাওরবা অমদি তত্তনা হোংবা শক্তমগা লোয়ননা গ্রীক্তা লৈবা মীশিংদা তৌবগুম্না, ভারতকী সমুদ্র মপান্দা তাবা খর নত্তনা ভারত্তা লৈবা মীশিংগী মফমদা তৌদে। পাকচাওরবা লৈতেম মান্নরবা তম্পাক, ৱাংলবা চীংজাও, চাওরবা তুরেল শেংলবা জঙ্গল-পুম্নমকসি য়েংলু ববদি ভারত্তি মহাদেশ অমা ওইবদা হেনমল্লবনি গ্রীক্তসু চীংজাও খবদি লৈ; ওলিম্পসু লাইয়াম লৈফম ওইনা গ্রীক্তা লৌই; ভারতনা মখোয়গী লাইয়াম অমসুং মুনি ঋশিশিংগী লৈফম ওইনা হিমালয়বু লৌবগুম। ইতিহাসকা, খায়দোকপা য়াদবমখৈ, য়ানশিন্নখ্রবা লাই-তিনগী ৱাবী লৈবাক অনিমক্তা মপুংফাহল্লি। ভাবনা শাবা শরুক্তগী অচুম্বা শরুক খায়দোকপা লুনা থোকই। গ্রীক্কী মীশিংদি নুংঙাইবা পান্বা মীসু নত্তে লাইনিংবা কাংবুসু নত্তে; ফত্তবনি খন্দুনা নত্রগা লমচৎ শাজৎ মাংহনবনি নিংদুনা হবাও তয়াম্বা নুংঙাইথোকপু থাদোকপা নত্তে; হৌজিক কানগী মীশিংনা হৈনবগুম (তৌবগুম) মানা মানা থোকপা মখোয় মশাগী নুংঙাইবা থীদুনা পংচৎ চৎপসু নত্তে। ঐখোয় অয়াম্বসু ৱাহল্লিবা শরুক থিংবা তৌদনা, মখোয়না তৌনিংবা অদুতমক তৌদুনা, মখোয়না খোংকাপ লাওনা কান্দুনা মখোয়গী পুন্সি লেল্লি; অসুম তৌদুনা ঐখোয়দগী মখোয়না থোয়না হেন্না নিপা থোকপা উৎলি। ঐখোয়গী লিরবা লাইরিক লাইশুদগী ভারত্তসু পুন্সিগী অসিগুম্বা ৱাখলগী ইথিনবু কনাগুম্বনা ফংদবা নত্তে। গ্রীক্তা কায়নথংদা লৈরম্লবসু ভারত্তদি মুণি-ঋষি ওইবগী পুন্সি পেন্দুনা মী কয়া অমা লৈরমই; অসুম্না তৌবসি মী খরদনি মীপুম খুংমিক নত্তে। জ্যৈন অমসুং বৌদ্ধ ধর্ম্মগী ইথিন মখাদা অসুম্না তৌবসি মরুওইবা লেমজনফম ওইবা পুন্সিগী শক্তম ওইহনখি; তৌইগুম্সুং মদুমক ওইদুনসু, মদুনা পুন্সিগী লেংদবা য়ুম্ফম্বু হোংহনবদি নত্তে।

হিংদুনা লৈবগী ফীবম হান্না লৈরম্বা ফীবমগা মান্নবা অদুম মরৈরমই-গ্রীক অমসুং ভারত্তা মান্ননা অদুম মপুং ফারমই; অদুম্নদি ওইরগা পোকপদগী মশানা খ্বাইদগী মীথোয় মীহেনবা ওইবা শরুক খ্বাইগী থাজবা অমদি লৈরমই।

মসিনা অঙকপা, অমদি ব্রাখলনা লাম্বা ফংদবা করিগুম্বা খরা পোকহল্লি; মশানা তশেংনা চুমই হায়না লৌনরগা ব্রাখল খরতদা, য়াওবা লোজিক্কী মরম চাবগুম, মিংনা খোংনা উবা থবক্কী লমদা খংনিংদুনা থিজিনবা করিমতা তৌরমদে। বিজ্ঞানগী নিয়ম্না থিজিনবগী থবক চখনরক্লিঁৈদা অসুম্না মফম খুদিংদা লায়থোক্লবনা খাইদগী চৎনবী ওইরম্মী। ব্রাখল কুপ্পা খন্দুনা অচুম্বা থিবসি জ্ঞান লৈবা মীওই খরতনা তৌরমই; মাইবা সাধারণ প্রজাশিংবু হোয়দুনা পুরমই; মীয়াম তিনবা মফমশিংদা অমদি করি করিগুম্বা মফমদা মীয়াম্না তিন্নবগুম্না, সাধারন প্রজানা তিন্দুনা দর্শনগী ওইবা হীরম কয়া খন্নরমই। হৌজিক মতমদা ভারত্তা তৌবগুম্না মীওইবগী পুন্সিগী মরমদা খন্নবসি, মীয়ামগী চৎনবী অমা ওইনা তৌনরই; মরুওইবা লৰাই-লমদা, মীয়াম তিন্নফম কৈথেন্দা, অমদি লাইশং নত্রগা সমগিদ্ মনুংদা, মরমসিগীদমক শাদুনা থমনবা মফমদা, পঞ্চায়েৎ খরদা, ময়ামগী তিন্নফম য়ুমদা, ময়ামগী কান্নগদবা হীরম খন্ন-নৈনফম, নিত্তিগী লাকপা ঈ-পাও নৈনফম অমদি অসিগুম্বা মফমশিংদা হৌনরমই। অদুম্না মীয়ামগী অনিংবশু ফোংদোকনরমই; মখোয়গী অমতা ওইবা মত লৌনরমই।

অদুন্নদি ওইরগা থায়নগী গ্রীক্কী ধর্ম্মগীদি ধর্ম্মসিনা পাংথোকপা থৌদাং কয়াগী মনুংদা, খাইদগী তোপতোপ্পা অমতা ওইবা, বিজ্ঞানবু চাংয়েংবা ইহান হানবা চাংয়েং অমা লৈরমই। অসুম্না তৌবসি গ্রীক্কী লম মশাদগী ধর্ম্মসি চৎপা আলেক্সন্দ্রিয়গী লমদনা হেন্না য়াম্না চাওখৎলমই, খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৩৩০ দগী ১৩০ ফাওবা রাৎলিঁগে মতমসি বিজ্ঞান্না চাওখৎপগী অমদি মেচিন পুথোকপগী রেকোর্ডতা তোমথিন ওইবা মতমনি। মসিগা চাংদম্নবা য়াবা ভারত্তা করিমতা লৈরমদে; চহি চা-চাতরেৎ শুবদগী হৌবা, বিজ্ঞানগী চাওখৎ খোংথাং হৌগৎলক্লিঁগে মমাংদা করিগুম্বা মফমদা বিজ্ঞান চাওখৎপা মেচিন পুথোকপা লৈখিদে। রোমনা মাগী সম্রাজগীদমক, অমদি পেক্স রোমানানা মাগী পাকচাওরবা লমগীদমক হিল্লেনিক সভ্যতাগা চেৎনা-চান্না তিন্নদুনা, মীয়ামগী চাংয়েং-জ্ঞান অমসুং মহৈ-মশিংগী খুদোংচাবা কয়া ফংনবসু-বিজ্ঞান, মেচিন অনৌবা পুথোকপা, অরৈববু হেন্না ফগৎহনবগী করিগুম্বা থবক অমতা তৌরমদে। থায়নগী ওইনা লৈরম্বা সভ্যতানা ইউরোপতা মাংপ্রবা তুংদা, ময়াইচল্লকপা য়ুগতা বিজ্ঞানগী মৈরা ঙান্না চুখৎলবদি তারবনি।

আলেকজেনদ্রিয়াদা অনৌবা পোৎ পুথোকপা, বিজ্ঞানগী অকনবা থবক পায়খৎনরকপদি সমাজনা চাওখৎলকপা ১ দি সমুদ্রদা চৎথোক-চৎশিন তৌবগী দরকারনা থোকহনবা মতমদুগী সমাজগী পোৎথোক্লি হায়বদা চিংনফম লৈতে; মতৌ অদুগুম্না ভারত্তা অঙ্ক অমসুং আলজাব্রাগী নিয়ম্না খুমাং চাওশিল্লকপা, শুন্যগী খুদম পুথোরকপা, অমসুং লমওনবগী নিয়ম পুথোকপসু সমাজগী দরকার ওইবা, লল্লোন-ইতিক চাওখৎলকপা অমসুং মখল কয়াগী সংস্থান থোরকপদগীনি থায়নগী গ্রীকশিংদা বিজ্ঞানগী ইথিন কয়া য়াম্না ফাওরম্বগে হায়বসি চিংননিংঙাইনী প্রকৃতি অমসুং মীওইবনা অমতা ওইনা পুনশিনবা তিন্নশিনবগী মরমদা থীজিনবা মখোয়গী মমাংঙৈগী ওইবা দর্শনগী খন্ন-নৈনবা মপুং ওইবা, চহি কয়া চথরকইবা মওংদা, মখোয়গী পুন্সি লেল্লমই। অদুম্না চথরকপসি গ্রীক অমসুং ভারত্তা অক্মানি। গ্রীক অমসুং ভারত্তা, চহিবু ময়ামগী ওইবা থৌদোক্না খায়দোক্লমই; থৌদোকশিং অদুনা হোংলকইবা (লাকলিবা) ধাতুগী পাওজেন পীরমই লোয়ননা ওল্লকইবা মতম-ধাতুনা মীওইবগা খুৎশম্ননা চৎহল্লমই। বসন্তগী কুম্মৈ, লৌ-খাও লোয়বগী কুম্মৈ, নাকেন-থা -লোয়রকপদা থাওমৈ থানবাগী কুম্মৈ-দ্বীপাওয়ালি, কালেন চংলাকপদা হোলিগী (য়াওশংগী) হরাও-তয়াম্বা, কাব্যশিংদা য়াওরিবা অকন-অথৌশিংগী নিংশিং পালন-অসিনচিংবা কুম্মৈ ফীয়োং কয়া, ঙসিফাওবদা, ঐখোয়না ভারত্তা পাংথোকলি। উপলক্ষশীং অসিদা জগোয় শারি, ঈশৈ শক্লি, জাত্তিগী ঈশৈ কয়া শক্লি, গোপীশিংগা কৃকগা জগোয় শান্নমিন্নবা; রাস লিলাগুম্বা জগোয় কয়া শানরি।

লৈম-নিংথৌকোন্দা, অঙম অথৌকোন্দা নত্তনা মমাংঙৈদা ভারত্তা নিপীশিংবু খাইগা তিন্নদনা তোঙান্না থনমদে। মতমদুদা ভারত্তগী গ্রীক্তনা হেন্না হেন্না নিপা-নিপী খায়দোক্না লৈনরমই। লাইরিক-লাইশু হৈবা নিপীশিংগী মরমদা থায়নগী ভারতকী লাইরিক কয়াদা তত্তনা পল্লি; মীয়াম রা ঙাংনবদা মরৈ য়েৎনবদা নিপীশিংনা তোয়না শরুক য়ারকখী। গ্রীক্তদি নিপা-নুপী য়ানবগা লৌনলৈনবনা লুহোংবা হেক্তা ওইরমই; তৌইগুম্বসুং ভারত্তনা লুহোংববু ধর্ম্মগী মতুংইন্না পাংথোক্লমই; মখল কয়াগী লুহোংববু পল্লি।

গ্রীক্কী নুপিশিংবু চুম্না য়াম্না লুনা ভারত্তা ওক্লমই। থায়নগী লীলা দ্রামাদা পল্লিবা লৈমা-নিংথৌগী কোটত্তা সেবা চংলিবা নুপিশিং অদু অয়াম্বা মতমদা গ্রীক্কী নুপী ওক্লি। গ্রীক্তগী ভারত্তা বাড়িগত্তা হিথাংফমদা (খাভারত্তা লৈবা ব্রোত্তা) পুরকপা শীংথানবা য়াবশিংগী মনুংদা, অসুম্না হায়রমই, ঈশে হৈবা অঙাংশিং অমসুং মশক মতৌ ফজবা নুপী য়াওরমই। মৌর্য্য শাগেগী নিংথৌ চন্দ্রগুপ্তগী পুম্সিগী মরমদা ইবদা মেগাষ্টানিসনা হায়রমই, নিংথৌগী চাক-ঈশিং নুপীতনা থোংলমই, ভারত্তা লৈবা মীশিংনা শীজিন্নবা য়ু, নুপীশিং অদুনা নিংথৌদা হেক হেক কৎশিল্লমই।" য়ু মখল খরদি গ্রীক্কী লমদগী নত্রগা লোইলমদগী তশেংনা পুরকলমখী থায়নগী তামিন কবি হায়বা মতাং অসিদা অসুম্নসু হায়রমই" মতবাজশিংনা (আইওনিয়াশিং নত্রগা গ্রীকশিংনা) অইংবা মনম নুংশিংবা য়ু মখোয়গী অচৌবা জহাজদা হাপ্তুনা পুরক্লমই।" অথুম্বা য়ু, অকংবা হৈবোং, অশিংবা শেরান্ননা লমজিংদবা দর্শন শাস্ত্র হৈবা মী লৈরগা থারকউ হায়না পাউলিপুত্রগী নিংথৌনা (অশোক্কী মপা বিন্দুশারা ওইবা য়াই) গ্রীক্কী নিংথৌ ত্রান্টিওক্সত্তা চিঠি ইবগী মতাং গ্রীক্কী রেকোর্ডত্তা পল্লি। এন্টিওক্সনা খুন্নমই, "হৈবোংগা য়ুগদি ঐখোয়না নংগীদমক থারক্কনি অদুগা গ্রীক্তা অশিংবা দর্শনশাস্ত্র হৈবা মী য়োনবদি আইন্না থিংই"।

নিপাগা নিপাগা তিন্নববু তুক্কচবা মিৎযেংনা য়েংদে হায়বসি গ্রীক্কী সাহিত্যদা শেংনা ইরি। তশেংনা মখোয়বু ফজবা ওইনা শিংথানরমই। অঙাং ওইরিঙেদগী হৌনা নিপীগা নিপাগা-পুলহন্দবা তোঙান তোঙান খায়দোক্নুনা লৈহনবনা মসি থোকখিবা ওইবা য়াই। অসিগা চপ মান্নবা শাজৎ ইবান্দসু উবা ফংই: পার্শিয়াগী সাহিত্যদা পীকথন্না মসিগী মরী উৎলি। নুংশিবী নিপীবু নিপা-মমায়বগুম লোয়নবসি, লৈবাক্লা য়ানরবা চৎনবী ওইনা তৌরমই, লাইবিক লাইশুনচিংবা সাহিত্যগী য়ানরবা মচাক ওইনরমই। সংস্কৃতগী সাহিত্যদা অসিগুম্বসি য়াওদে; নিপানা, নিপীদৌনা, তিন্নবা অতোপ্পা নিপাগা তিন্নবসি ভাবত্তা য়ানদে অমদি চৎনদে।

ইহান হানবা রেকোর্ড ইবা হৌবদগী হৌবা গ্রীক্তা ভারতকা মরী লৈনবক্লর্বদি মমৈথংদা, গ্রীক্কী থাযনগী ধর্ম্ম চৎপা নোংচুপ এশিয়াগা ভাবতক্সু য়াম্না নকশিন্না মরী লৈনরমই। মধ্যভারতক্কী মনুং চানবা উজ্জয়িনীদা (হৌজিক্কী উজ্জয়িন্দা) লৈবিবা গ্রহনচিংবা য়েংনবা ওব্জাভেটোরীগা ইজিপকী মনুং চনবা আলেক্জেন্দ্রিগা মরী লৈনবমই। মতম শাংনা মবী লৈনরিঙৈ মতমদা, মমাংঙৈদা চাওখৎলমলবা লৈবাক অনিগী মরক্তা চাওখৎ খোংথাংগা মবী লৈনবা পৃথিবীগী ওইবা, বাখল অমসুং কলচরগী মরমঙ্গা পাও থাদোক থাজিন তৌনরমই অমদি তাথোক-তাশিন তৌনবমই। গ্রীক্কী লাইরিক কয়াদা বেকোর্ড তৌরম্বা (ইরম্বা) বারোন অমনা হায়বি মদুদি ভারতকী পণ্ডিতশিংনা সোক্রেটিসনা উন্নবা চৎনখী, মাঙোন্দা, বাহং কয়া হংলমই। পাউথোগোরাজবু ভারতকী ফিলোসাফিনা (দর্শন শাস্ত্রনা) মক ওইনা লাকশিনখি; প্রেফেসাব ঐচঃ জিঃ রোওলিসক্লা হায়, "পাইথোগোরাজগী সেবকশিংন তম্বিখিবা ধর্ম্মগী, দর্শনগী অঙ্কগী (অঙ্ক, আলজাব্রা, জমিত্রিগী) নিয়মশিং পুম্নমক খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি চা তরুক হেকয়ৌবদা ভাবত্তা হান্ননা খংনপ্রবা ওক্লি। ইউরোপকী অবিবা লোনগী পাণ্ডিত উরবিক্লা, প্রেটোগী 'বিপব্লিক' অর্থ হনবদা ভারতকী বাখলদা তাংদুনা হল্লি।* নোষ্টিকী ধর্ম্মনা মুক্তি ফংবনি ধর্ম্মনা নত্তে হায়না খৃষ্টাব্দ হৌবা মতমদা পুথোকপা নোষ্টিক (Gnostic) (কাংবুগী ধর্ম্মনা) গ্রীক প্লেটোগী বাখলগা ভারতকী বাখলগা অনি পুনশিন্নবা কন্না হোৎনরমই। খৃষ্টাব্দ, হৌগৎলকপা মতমদা ট্যানাগী ফিলোসোফর, এপোল্লোনিওসনা খা-নোংচুপ ভারত্তা লৈবা টাক্সিলা বিশ্ববিদ্যালয় য়েংবা লাক্লমই।

তরামথোয় শুবা খৃষ্টাব্দদা মধ্য এসিয়াগী মনুংচনবা খোরাসন্দা পোকপা, অফাওবা লমকোয়বা, পণ্ডিত অলবারুবনিনা ভারত্তা লাক্লমই। বাগদাত্তা, ইসলাম ধর্ম্মনা হৌগৎলকপদা, ফাওরবা গ্রীক্কী দর্শন শাস্ত্রবু মহাক্লা চার্জ্জ তৌখি। ভারতকী দর্শন শাস্ত্র চার্চ্চা তৌনবগীদমক মহাক্লা ভারত্তা অবাবা কয়া খাংনা সংস্কৃত ওক্লমই। মান্নবা কয়া থেংনবদা মহাক গুক্লা থোকখি, ভারতকী মরমদা মহাক্লা ইবা লাইরিক্তা দর্শন অনি অসিবু চাংদম্নখি। গ্রীক্কী জোতিষ অমদি রোমান জ্যোতিষপু নৈনবা সংস্কৃত্তা ইবা লাইরিক কয়া মহাক্লা পল্লমই।

থাদোক্লবা য়াদবা অমগা মতেং লৌনরবসু, গ্রীক অমসুং ভারতকী সভ্যতানা মখোয় মখোয়গী ওইবা অদু কায়দনবা মশা মশাবু মপাঙ্গল কল্লহল্লমই, মখোয়গী তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা চাওখৎহন্নবা হোৎনরমই। চহি খরসিদা

গ্রীক অমসুং রোমগী মশাগী ওইবা শক্ত উৎপদা থায়নগী লৈরম্বা শকক্তগী ওন্নতৈনবা মওং অমা থোরকই অদুগা এশিয়াগী মরুওইবা ভাবতকী শক্তমদি থোয়না হেন্না চেৎশিল্লি। প্রোফেসাব টার্ন্ন হায়, "চাওবাক্লা খন্নরবদা, এশিয়াদা গ্রীক্তগী লৌবদি চুম্না মপানগী ওইবা মওংদগী শকক্রি; মচং ওইবদি পংনা লৌদে; প্রজাগী শিন্দমশংসু তোপ-তোপ্পনি-মরুওইবা কবিসু য়াওদে। মকওইবা হীবমগীদমক্তদি এশিয়ানা গ্রীকপু কবিসু শীংথানদে হায়বসি মহাক্কী অচেৎপা থাজবনি অদুগা গ্রীক্কী মদু নত্তে।" অদুগা "ভাবত-সভ্যতদি গ্রীক-সভ্যতাগী মায়োক্তা, মশাগী ওইবা শকক ঙাকপা ঙম্না কল্লম্মী; তৌইগুম্বসুং ধর্ম্মগী মতাংদদি বোবিলোনগী মীশিংনা তৌবগুম্বনা গ্রীকপু খুৎশা থাবা ঙম্না কল্লমদে; অদুম ওইনমক, হীবম খবদা ভাবতনা শক্তি হেন্না লৈবা, মকওইবা পার্টনাবনি (শকক যাম্মিনবসি) হায়না খন্ননবা মতিক চাবা মবম ঐখোয়না পুথোকপা য়াই।" বুদ্ধগী মূর্ত্তি নত্তনা, মকওইবা মতাং কযাদা, গ্রীক্কী লৈতবদু ভাবতকী ইতিহাসতা য়াওবি।

মূর্ত্তি ইবাৎপসি গ্রীক্তগী তমজবনি হায়না খনবদা নুংঙাইবা পোকই। বেদগী ধর্ম্মনা মখল পুম্নমক্কী লাই অমদি মূর্ত্তি ইবাৎপবু য়াবমদে। লাইশিংগীদমক লাইশং অমতা লৈবমদে। মফম পুম্নমক্তা শিনবা থুংনা চৎনবমদ্রবসু লিববা ধর্ম্মগী মতুংইন্না, মূর্ত্তি, ইবাৎপগী খোজ্রন ভাবত্তা তাবগুম তৌবমই। ইহান হানবদা বুদ্ধ ধর্ম্মনা মসি কন্না য়াবমদে; বুদ্ধগী মওং মূর্ত্তি শাববু মকওইনা কন্না থিংলমই। অফগানিষ্টান্দা অমদি ঙমখৈগী মনাক নকপা লমদা গ্রীক্কী খুৎশা-হৈবগী হৈ শিংবা শক্তি যাম্না কল্লম্মী অদুগা মখোযনা হৈবা শকক্তা লেপ্পা হেনগৎলকই। অদুম লইনমক বুদ্ধগী মূর্ত্তি অমতা হৌগৎনবমদ্রবসু বোদ্ধিসত্বাজগী মূর্ত্তি মানবা (বুদ্ধগী হৌপ্রবা লাংওনগী মূর্ত্তিনি হায়না খন্নবা মূর্ত্তি) এপোল্লোদি থোবকখি। মূর্ত্তিশিং অসিগী মখা তাবা ওইনা বুদ্ধ মশামক্কী মওং মূর্ত্তি কযা থোবকখি। মূর্ত্তি লাৎপা, মশানা য়াদবনা, বেদ ধর্ম্মনা থিংলবসু, হিন্দু ধর্ম্মগী তোঙান তোঙানবা লাইশিংগী মূর্ত্তি ইবাৎপবু মতুংদা চৎনখি। পার্শিয়া অমদি হিন্দুষ্টানিদা লাইগী মওং নত্রগা মূর্ত্তিবু হৌজিক ফাওবা 'বুট্' হায়না খংনৈ, বাহৈ অসিমক 'বুদ্ধ' হায়বসিদগী থোবকপনি।

মীওইবশিংনা অমতা ওইনা তিন্ননবা প্রকৃতি অমসুং জগৎ অসিগী অপুনবা অমা পুবকপা য়ানবা অপাম্বা অমা মীওইবাশিংগী লৈবগুম তৌবমই। চুম্নবসু নত্রগা চুমদ্রবসু পুক্রিংনা নিংইবদুগী মকওইবা দবকাব ওইবদু থুংনবা লাক্রবনা গযবিবা অপাম্বদুনি। মমাংঙৈ মতমদা লৈবম্বা ফিলোসোফর্বশিংনা মদুবু থিনরমই; হৌজিক লৈবিবা বিজ্ঞানিকশিংবুসু অপাম্বা অসিনা চিংদুনা পুবি। ঐখোযগী স্কিম, প্লানিং, লাইনিক তত্বগী মবম, সমাজগী বাজনিতিগী সংস্থান পুম্নমক্না অবোইবদা পুনশিনবা মত মান্নবদু ফংনবা থিবি। ব্রাখল খনবা অঙম্বশিংনা অমদি ফিলোসোফর্বশিংনা ঐখোয়দা হায়বম্মী মান্নদি খল্লিবা ব্রাখলগী হৌবকফম মক অসি লাল্লি; খুদোংথীবনা থল্লবা জগৎ অসিদা (য়াথং) চাংবাইবা, অমসুং পুনশিনবা হায়বা অসিগুম্বা পোৎ অসি শুক্রৈ লৈতে। মহাকসু ওইবসনু অদু ওইববফাওবদা ঐখোযগী লানহল্লি (লায়া পুবমই) হাযবদা চিংননিংঙাই কবিমতা লৈতে। ভাবত্তা, গ্রীক্তা অমসুং অতৈ মফমদা তিন্নবগী, পুনশিন্নবগী মবম কোয়থি থিবিবা অসি ওইবা য়াবা ফল ফংলম্মী অমতা ওইনা পুনশিনবা, পুম্নমক্ চপ মান্নহনবা অমদি পুন্সি চুপ্পদা নুংঙাই যাইফববু পুবকলম্মী।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## নিপানশুবা তাংকক

## ভারতকী অরিবা ঠিয়েটর

ইউবোপ্পা ভাবতকী অবিবা দ্রামা থিদুনা পুথোকপা, খুদক্তা মখোয়বু হায়হল্লি মদুদি ভাবতকী অবিবা দ্রামানা গ্রীক্কী হৌখি; গ্রীক্কী দ্রামানা ভাবতকী অবিবা দ্রামাবু মচু শংই। থিউবিদা, ওইবা যাবা খবদি লৈবমই; মবমদি মতমদু যৌদ্রিফাওবদি, কবিগুম্বা থায়নগী অবিবা দ্রামা অমতা লৈবমদে হায়না খংই, আলেকজেণ্ডবনা লান্দাবক্লবা ম তুংদা ভাবতকী ঙমখৈদা গ্রীক্কী লৈবাক কয়া শেমগৎখি। চহি চা কয়া ষ্টেটশিং অদুনা কুম্মে কয়া তৌখি, মফমশিং অদুদা গ্রিক্কী থিয়েটব কয়াগী মমিং খংবনি। খৃষ্টগী চহি চা তবামাপন শুবদা হিবম অসিগী মতাংদা, ইউবোপকী পণ্ডিতশিংনা কুপ্পা যেংশিনখি, দিবেং তৌনখি। ভাবতকী দ্রামাদি মশাগী হৌফম লৈজবা, পুনিংবা লম্‌দা পুবা ৰাখল লৈজবা, মশা মতোমতা চাওখৎচবনি হাযবসি খ্বাইনা যানববা ৰাফম্লি। দ্রামানা ইহান হান্না হৌবকপসি, মবী মখোং লীখৎপদা, তোপ-তোপ্পা দ্রামাগী মওং যাওববা খুক বেদগী মনুংদা যাওবিবা, ৰা ঙাংনবা, ৰাবী বাতায শাবা অমদি ঈশৈদগীনি হার্যনৈ। মহাভাবত অমসুং বমাযন্দা যাওবিবা দ্রামা নত্রগা নাতকগী মবমসু পল্লি। কৃষ্ণগী ৰাবীদা যাওবিবা ঈশৈ, জগোয, ঈশৈগা কোন্না জগোযগী মওং লৌদুনা দ্রামা হৌখিবনি। খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি চা তবেৎ বাৎলিঙৈদা লৈবম্বা গ্রামাব ইবা, অফাওবা পার্লিনিনা মখল কযাগী দ্রামাগী মওং পল্লমই।

থিয়েটবগী কনাগী মবমদা ইবা লাইবিক নট্যা-শাস্ত্র অসি খৃষ্টাব্দ চা অহুম শুবদা ইর্বনি হায; অদুবু, তশেংবদি বিশয অসিদা ইবা হান্না লৈবম্বা লাইবিক কয়াকমদগী ইথোকপনি। দ্রামা অমা উৎপদা চংদবা যাদবা কলানা মপুং ফাববা মতমদা অমদি মীশিংনা চপ মান্ননা দ্রামাগী শকক য়াবা ঙম্ববা মতমদা অসিগুম্বা দ্রামা লাইবিক অসি ইখিবনি। দ্রামা ইর্দ্রিঙৈ মমাংদা সাহিত্য কয়া ইবর্স্মী; মথং মথং চাওখৎলক্লুনা, সাহিত্য ইবগী মতুং চহি কয়াগী মতুংদা দ্রামা ইর্বনি। খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি চা অনিদা শান্নবম্বা থায়নগী দ্রামা শং অমা জোটা নাগপুবদা লৈবা যামগড টীং তৌথোকপদা লৈবুংদা লৈবমই। নাট্যাশাস্ত্রদা থিয়েটবগী মওং মশক তাকইবা অদুমক দ্রামা শং অসিগী মওং মতৌনা শেংনা উৎলি।

খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি চা-অহুম ৰাৎলিঙৈদা চাংনাইনা সংস্কৃত দ্রামা শান্নবা হৌখি হায়না হৌজিক থাজনবি অদুবু পাণ্ডিত খবনদি খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি চা-মঙাদগী হৌখি হায। ঐখোযনা থেংনবা লীলা কয়াদা, শুকথেং থেংনদবা থায়নগী লীলা অমদি লীলা ইবা মীশিংগী মবম যাওই। তুংদা থেকলকপা দ্রামা-ইবা কয়ানা ৰাংনা থাংগৎনবা ব্যাস হায়বসিমকসু অসিগুম্বা শুকথেং থেংনখিদ্রবা অইবা নিপানি। কুমজাসিগী অহৌবা শকক্তা তবাহুমদোইগী মপুন অমা থেংনখি। হেক থেংনখিবা ইহান গনবা সংস্কৃত দ্রামাশিং অদু অবখোশনা ইবা ঙাক্লি; খৃষ্টাব্দনা হৌগৎলক্লবা নত্রগা হৌদ্রিঙৈদা মহাক লৈবমই। দ্রামাশিং অদু মচেৎ মচেৎ ওইনা কোনা মনাদা খুৎনা ইবা ঙাক্লি। গোবী লৈকংলাগী ঙমখৈদা লৈবা তুফার্ন কৌবা মফমদা যাম্না ঙক্লা লাইবিকশিং অসি ফংখি। অশ্বখোষ বৌদ্ধ লম্বোইবনি; বুদ্ধ চবিত্র কৌবা বুদ্ধগী পুন্সিগী ৰাবী লাইবিক অমা মহাক্লা ইখি; লাইবিক অসি মমিং নিংথিনা চৎনবা, ভাবত, চীনা অমসুং তীব্বেতা মতম শাংনা মীয়াম্না পাম্নবম্বা লাইবিক্লি। মতম কযাগী মমাংদা চীনা লেন্দা ভাবতকী পণ্ডিত অমনা হন্দোকখি।

লিববা ভাবত দ্রামাগী ইতিহাসতা ফংলকইবা লাইবিকশিং অসিনা অনৌবা মমি অমা তাহল্লি। ভাবতকী কলচববু অঙকপা ফংনা চাওখৎহনবদা, অসুম্না পুথোকপা ফংবসিনা মঙান হেন্না পীগনি। মবমদি সিলঙৈইন নিভিনা মহাক্কী লি থিয়েটব ইণ্ডিয়েন্দা অসুম্না ইবমই, "Le theatre est la plus haute experssion be le civilisation quitl' enfant.

Qu'il traduise ou qu'il interprite la vie réelle, il est tenu de la résumer sous une forme frappante, dégagéi des accessiores insignitiants, géneralisée dans un symbole. L'originalite de l"Inde s'est expirmée tout entére dans son art dramatique, effgella y a combine et condese ses dogmes, ses doctrines, ses institutions .... "

১৭৮৯ দা ফোংবা সার উইল্লিয়ম জোন্না হন্দোকপা কালিদাসকী শকুন্তলা কৌবা ভারতকী অরিবা ড্রামাবু ইউরোপ্পা ইহান হানবা খংখি। লাইরিক অসি পুথোরকপদা অদুগা লাইবিক অসিবু হন্না হন্না ছাপা তৌরকপদা ইউরোপকী লাইরিক হৈবা মীশিংগী মপুক্লিংদা ইরাং অমা হৌরকলমই। সার উইলিয়ম জোনগী ট্রানস্লেসন, (হন্দোকপা লাইবিক অদু) ইংলিসতা হন্দোকইবা লাইরিক অদু জর্ম্মন, ফ্রান্স, ডেন্স, অমসুং ইটলি লোন্দা হন্দোকলখি। গোষঠগী মপুক্লিংদা য়াম্না থিনা থুক লাওবা পোকলমই; মহাক্না শকুন্তলাবু থাগৎপা য়াবমখৈ থাগৎলমই। ফ্রোষ্টানা (জর্ম-পণ্ডিত ড্রামা ইবা) মাগী ড্রামাদা ইরিবা ৱাহৌদোক অদু কালিদাসনা ইবা ৱাহৌদোক অদুদগী লৌথোকপনি; কালিদাসনা মাগী ড্রমাগী ৱাহৌদোক ওইবা ইবা শরুক্তি সংস্কৃতকী ড্রামাগী মতম শাংনা চৎনরকপা নিয়ম কায়দনা ইবনি।*

কালিদাসপু সংস্কৃত সাহিত্যগী জগত্তা খ্বাইদগী চাওবা কবি অমদি ড্রামা ইবা কবিনি হায়না খ্বাইদগী মশক খংনখি। প্রেফেসার সিলভেইন লিডিবনা হায়, "he nom de kâlidâsa domine la peésie ındienne et la résume brillammet. He drame, Lépopée savante, lelégie attesant aujourd'hxi encore la puıssanne et la souplesse de ce magnigique génie; sel entre les disciples of sarasvatı (the goddess of learning Y the arts), il a eu le bonheur de produire un chet' oeuvre vraiment classique, out'ınde s' admınre et oú ı humanité se reconnait. hes applaudissenmets qui saluerent la naissance de cakuntala â ujjayini ont arés de long siédaté d'un bout du monde â l'autre, quand wılliam Jones l'out révélé â l'Occident. Kâlidâsa a marqué sa placd ans cette pléade entincelante oú chaque nom nésume une période de l'esprit humain. La série de ces moms tome t'histoire, ou plectôt elle est l'historıre méme".

অতৈ লীলা কয়ামরুম শাংলবা পদ্য কয়ামরুম কালিদাসনা ইরমই। মহাক্কী মতম অসি চপ চানা খংনদ্রে: অদুবু ওইবা য়াবা অমদি খৃষ্টাব্দ চা-মরি শুবগী অরোইবা শরুক্তা গুপ্তা শাগেগী বিক্রমাদিত্য, চন্দ্রগুপ্ত জ্ঞানশ্বরনা পানবা মতমদা উজ্জয়ীনিদা মহাক লৈরমই। হৌজিক ফাওবদা চথরকইবা ৱারীদগী খংবদি কোট্টকী নবরত্নগী মনুংদা মহাকসু অমা ওইরমই; খ্বাইদগী মান্নদবা থোয়দোক হেন্দোকপা মাগী বুদ্ধি জ্ঞানবু থাগৎনরমই; মহাকনা হিংলিঙৈদা মপুংফানা মাবু লৈবাক নিংথৌনা মশক খংলমই। লাইনা থারকপা মচানি হায়না খংনবা ময়ামগী মরক্তা, অকনবা, অথৌবা, মচেক নায়বা তাবদা নুংঙাইতবা (নাকোং শিংজা যৈবগুম থোকপা) ৱাহৈগী মহুত্তা অথোৎপা অনৌবা ফজবা ৱাহৈ শীজিন্নবা হৈবা ময়ামগী মনুংদা অমদি মরাইবক ফবা ময়ামগী মনুংদা মহাকসু অমনি। মীওইবগী নুংশিবা, নুংশিনবা, প্রকৃতিগী ফজববু মিহৌবা অসিনচিংবা মহাক্না পুনিংবা মাইকৈদা পুবা লাইনা থোকই।

কালিদাসকী অশাংবা পদ্যশিংগী মরক্তা 'মেঘদূত' লৈচিন-পাওপুবা, অমনি। ফাদুনা থমগ্রবা মানা নুংশিজবী নুজাদগী লাপ্পা তোঙান্না লৈগ্রবা নুংশিচাওবা নিপা অমনা, শিবা লায়রবা, নাহোকপা ওন্নরোইদবা অৱাবা অবস্থা অপায়বা লৈচিন্দা হায়জে। পদ্য অমদি কালিদাসনা আমেরিকাগী পণ্ডিত রাহরনা মাগী পুক্লিংগী অপেনবা ফোংদোক্লমই। পদ্য অসিগী শরুক অনিথক পল্লদুনা মহাক্না হায়ঃ "অহানবা শরুক্তনা মীওইবগী অৱা-নুংঙাইবদা শরুক য়ারবা মরী লৈনব্রবা প্রকৃতিগী শক্তম্নি; অরোইবা শরুক্না প্রকৃতিগী ফজরবা শক্তম্না তাশিন্দুনা শারবা তাইবং-থাখাইগী য়োকপা লাইগুল্লবা শক্তম্নি। অসুকী মতিক ফজনা ইরি মদুদি করম্বা শরুক্না হেনবগে কনামতনা হায়বা ওমলোয়। কলিদাসমকনা ইবা মপুং ফারবা পদ্য অসিবু পারবা মীশিংগী মরক্তা খরবু শরুক অমনা, খরবুনা অতোপ্পা শরুক্না শুমহৎকনি। তরামপন শুবা খৃষ্টাব্দ ফাওবদা ইউরোপ্পা

খংবা ঙমদবা মঙাশুবা খৃষ্টাব্দদা কালিদাসনা খংলমই; পৃথিবী অসি মীওইবগীদমক্তা শেম্লম্বা নত্তে, মীওইবগী নত্তবা, পুন্সিগী মমন অমসুং মগুণবু মুন্না খংলবা মী অদুগী মাগী মরেপ ফংলবনি হায়বা অসিফাওবা ইউরোপ্তা ঙসিফাওবদা মপুংফানা খংদ্রি। মসিগুম্বা কালিদাসনা ফংলুরিবসি মাগী শানগী শক্তিগী খ্বাইগা মান্নদনা মীথোরকপা মগুণ অমা লৈবনি; অসিগুম্বা, মগুণ অসি লৈবনা অশুক চাওখ্রবা কবিতাবু মপুংময়ে ফানা, মমিংমনা শুনা ইবা ঙমইবনি। কবিতা ইবদা খুৎলোয়বা ৱাত্তে; ৱাখলনা লাকশিনবা শক্তি খ্বাইগা মান্নদবা নত্তে; অদুম্নদি ওইরগা অনি অসি পুনশিনবগী শক্তি অসি পৃথিবী লৈরকঙেদগী ওজ্জর্ন (তরানিথোইরক্তগী) অমদগী হেন্না লৈবা থেংনদে। মহাক্কা অসিমক্কা পুনশিনবা মগুণ শক্তি লৈবনা, এবাক্রিওন, হোরাক অমসুং শেলিগা কলিদাসকা লেংমান্নদে অদুম্নদি ওইরগা সোকোক্স, ভীর্জিল অমসুং মিল্টবগদি চাংদম্নবা য়াই।

কালিদাসগী মমাং য়াম্না কুইরবা মতমদা অতোপ্পা ফাওরবা লীলা অমা পুথোকখি—শুদ্রকাগী "ম্রিছকাটিকা" হায়বদি লৈখোমগী গাড়ী" হোৎন লৌবা, খুৎশেমগী লীলানি; অওইবমক ওইনা ঐখোয়বু নিংহল্লি; মতমদুগী সভ্যতা অমদি ৱাখলগী মমি ঐখোয়দা উৎলি। খৃষ্টাব্দ ৪০০ রোমদা অনিশুবা চন্দ্রগুপ্তনা পানবা মতমদা মমিংচংলবা অতোপপা লীলা অমগা পুথোকখি—বিশাবা-দত্তগী 'মূদ্রা—রাক্ষস" নত্রগা "সহি হকপা খুদোপ"। লাইতিনগী ৱারী য়াওদবা, নুংশি নুংওনগী মহাও য়াওদবা তশেংবা রাজনিতিগী লীলানি। চন্দ্রগুপ্ত মৌর্য্যগী মতমগী থৌদোক নৈনৈ; মহাক্কী মন্ত্রিমকোক, অর্থশাস্ত্র ইবা, চান্যক্যনা মরুওইবা শক্তম্নি (লীলাদুগী) মওং অমদা, হৌজিক্কী মতমদা মতমসিগী থৌদোক্কা চানববা অফাওবা লীলানি।

খৃষ্টগী চা তরেৎ শুবা হৌরকপদা অনৌবা সম্রাজ অমা শেমগৎলম্বা নিংথৌ হর্ষসু লীলা ইরমই; মহাক্কা লীলা অহুম ইবা, থেংনৈ। খৃঃ ৭০০ কী অদুৱাইদা ভবভূতি কৌবা সংস্কৃত সাহিত্যদা অবংবা থৱাম্নিচাকুম্না অমগা লৈবমই। মরুওইনা, লোন্তদ ফজবা ওইবনা মহাক্কা ইবদু মহাক মশামক্কা হন্দোকপদা চানবা ঙমদে। ভারত্তা মহাকসু মমিং য়াম্না চৎলমই। কলিদাসনা মঙোন্দগী হেল্লমই। ওক্সফোর্ড ইউনিভরসিতিগী সংস্কৃত প্রোফেসার ওইরম্বা উইনসন্না মখোয় অনিগী মরমদা হায়রম্মী, "ভবভূতি অমসুং কলিদাসনা ইবা অদ্যগুম্বা, অসুক ফজবা খোঙ্গোক্কা ঈশেগুম্বা অমদি অসুক নিংথিজবা লোন্দা পুদাগী ৱারেং-শৈরেং অমা লৈরমগনি নিংদে।

চহি চা কয়া চুপ্পা, সংস্কৃত দ্রামাগী ইচেলনা, লেপ্পা লৈতনা, চেম্থারকলি; অদুবু খৃষ্টাব্দ চা-মাপন হৌগৎলকপদা মুরারীগী মতুংদা দ্রামাগী মগুণ, ময়েক শেংনা হম্থরকলি। হম্থরকইব'সিগা লোয়ননা পুন্সি-থৌদাংগী অতৈ মরম কয়াম্বু মিৎনা উনা তত্তনা ময়েং তারকলি। ইন্দু আফগান অমসুং মোগলগী মতমদা নিংথৌশিংনা মতেং পাংদবনা মরম ওইদুনা অদুগা অমরোমদা, মরুওইনা জাতিগী ধর্ম্মগা য়াম্না নকশিন্নবা মরী লৈবদগী ইসলাম ধর্ম্মনা দ্রামা ইবা থিংবনা দ্রামানা শিথরকপনি হায়না খন্নরমই। মীয়াম্না পাম্নরিবা অদুগী মথক্তা ইনরিবা দ্রামা অসি, প্রকৃতিগী অথোৎ-অনৌ য়াওদবা, মীওইবগা চৎনরোন, নিংথৌ অঙম-অথৌগী লৈঙাক-শাসনগী ওইনা তৌরমই; লোয়ননা নিংথৌশিং অমদি ফম্নাইবা অঙম্বশিংনা তেংবাংবা তারমই। মকোক ওইবা রাজনিতিগী অহোংবা হায়ববু মচেক ময়ানা য়ৈহনবা ইনরবসু মঁরে য়েৎনবা য়াবা মরুওইবা মচংদি করিমতা য়াওরমদে। রাজনিতিগী অহোংবনা থোক্লিঙৈ মমাংদা, সংস্কৃত-দ্রামা অসি তশেংনা শিথরমই হায়বসি অচুম্বনি। অৱাং ভারত্তা, চহি চা কয়ামরুমদি অহোংবদি লৈরমদে; দ্রামাগী কান্নবা শরুক লৈরমলগদি, খা-ভারত্তা দ্রামা ইবাগী থবক অদুম চত্থরমগদবনি। ধর্ম্ম য়াম্না কুপশিন্না চৎপা, মতম খরদংগী নত্তলা, ভারত-আফগান, ওক্ক, অমসুং নিংথৌশিংগী রেকোর্ডনা, লৌথোক-লৌশিন, হাপতোক হাপচিন তৌদুনা মতেক খরা ওম্বাং-ওনশিন তৌরবসু, ভারতকী কলচরবু মপুং ফানা শৌগৎলমই। ভারতকী ওইবা ঈশৈ অয়াম্বা, পাঙনগী কোট্রশিংদমক (দরকারগীদমক) অমদি অঙম-অথৌশিংগী থৱাই য়াওনা লেংবা-শকপা ওইনা তৌরমই; মকোক ওইবা ওঝা অয়াম্বা পাঙওন ঙাকনি। ৱারেং-শৈরেং ইববু য়াম্না পুক্লিং, থৌগৎলমই; মমিংচৎপা হিন্দি ইবা কবিশিংগী মরক্তা পাঙওন য়াম্না য়াওরমই। বিজাপুরগী নিংথৌ ইব্রাহিম আদিল শাহনা, হিন্দিনা ভারতকী ঈশৈ-লাইরিক অমা ইরমই। ভারতকী শৈরেং অমসুং ঈশৈ পুম্বা হিন্দুগী

লাইশিং-লাইনিপা, লাইনিপীগী মরমদা মপুংফানা থাদুনা ইনরমই, ইরিব পুম্বা ভারত শিনবা থুংনা পাম্নরমই; অপান্বা; নুংশিবা, খাংবাকননা থাদুনা ইনরমই; ইরিবা পুম্বা ভারত শিনবা থুংনা পাম্নরমই; অপান্বা, নুংশিবা , খাংবাকনবা অশেংবা, অচুম্বা, তমথীবা অসিনচিংববু থৱাই পানবা মী-লাই হিনা পুথোক্তুনা অমদি পোৎ-চৈগী অতোপ্পা মমিং-মথা হোনজিন্দুনা ৱারী লাইরিক ইবা, থায়নগী নিয়ম কায়দনা চথরমই। তশেংবা লাইমূর্ত্তি শাবা নত্তনা অমদি মরম খরগী মতাংদা থিংবা নত্তনা, খুৎশা-হৈবা কলাকারগী থবকপু পাওঙন নিংথৌশিংনা থিংনবা হোৎনদে হায়না হায়নরমই।

ভারত্তা লাইরিক ইবগী থবক লেথোরকপগা লোয়ননা সংস্কৃত ড্রামা ইবসু মরাই চায়থরক্লমই; ইনিংবা ৱাখলসু ময়েং তাথরক্লমই। অফগান অমসুং ওক্কশিংনা দিল্লিগী সিংহাসন্দু কার্থ্রিঙৈ মমাং য়াম্লা মাংজৌননা, লাইরিক ইবগী থবক অসি চায়থরক্লমই। পার্শিয়াগী লোননা অঙম অথৌশিংগী লোন ওইরকপগা ইরোইননা সংস্কৃততি মপুং ফাবা য়াবা লময়ৌনা মপুং ফারম্মী। নিতিগী ঙাংনরিবা লোয়ননা সংস্কৃত ড্রামাগী লোনগা অনিগী খৃঃ ১০০০ চংলকপদা খ্বাইনা ঙাংন-শক্লরিবা লোন্দগী হৌজিক ঐখোয়না ঙাংনরিবা লোন অসি থোবক্লমই, লোয়ননা ইনরিবা লোনগী মওংসু লেপলমই।

অসুম্না অওনবা লাকলবসু, মধ্যযুগতগী ঙসি ফাওবদা সংস্কৃত ড্রামানা চপচানা করম্না চথরকইবনো হায়বসি অঙকপনি। খৃঃ ১৮১২ দা সেক্সপিয়ারগী 'মিতসামর নাট'স ড্রিম" ড্রামাবু সংস্কৃত্তা ইথোক্লরমই। অবিবা ড্রামা লীলাগী খুৎশা হৈবা লাইরিক কয়া তত্তনা থিদুনা পুথোকলমই। খৃঃ ১৮১০ দা প্রোফেশর সিন্তিয়েন লিভিনা খোমজিন্দুনা শেম্বা লিষ্টা লাইরিক ইবা মীওই ১৮৯না ইবা ড্রামা লীলা ৩৭৭ য়াওরমই। নৌনা হন্দক্তা শেম্বা লিষ্টা লীলা ৬৫০ য়াওবমই। অরিবা ড্রামা-লীলাগী (কালিদাসনা অমদি অতৈনা ইবা) লোনদি য়ানশিন্নৈঃ-- সংস্কৃত অমসুং প্রকৃতিকী শরুক অমা নত্রগা অয়াম্বা শরুক হায়বদি খ্বাইনা খুদোংচাগদবা মওংদা শেমদোক্লবা সংস্কৃত ওইরম্মী। লীলা মশা অমতদা লাইরিক লাইশু হৈবা মীনা সংস্কৃত্তা ঙাংলমই: সীবারন লাইরিক হৈতবা মীশিং, মরুওইনা নুপীশিংনা, কলাগুন্বা খরা নত্তনা, প্রকৃত্তা ঙাংলমই। তোয়না য়াওবা শৈরেং অমসুং ঈশৈগী শরুক সংস্কৃত্তা ইরমই। য়ানসিন্নাবা লোন্দা ঈবা লীলাদি ভাবক অয়াম্বনা পাম্নরমই। ইনরিবা লোনগা, খ্বাইনা পাম্নরিবা কলাগী আর্টকা, অনিগী মরক্তা, মসিনা য়ানবা অমা পুরকপনী। অদুমওইনমক, মরুওইনা অরিবা ড্রামানা, অঙম-অথৌগী ৱাঙাং-শাঙাং-শাগৈ, লমচৎ-শাজৎ উৎলম্মী, মহৌশানা কোর্ট্রকী অঙম অথৌ অমদি নোংমারজিং, প্রকৃতিগী অথোৎপা অনৌবা পামদবা মতমগা চানবা, মীওইবগী শাজৎ-লিচৎ পাম্বা ভাবকশিংনা মদুতবু পেঞ্জরম্মী। থৌদোক্কী অতাবী, অখন্নবনা, মীয়ামগা লৈনবা মরীদগী ককথৎলবা, তশেংবা য়ুম্বানলোনগা তৈনরবা, ৱাখলনা শেম্বা সমাজগী ওইবা ফ্রান্সকী, অৱাবনা লোয়শিনবা ড্রামাগা, মসিগা সিন্ডিয়ান লিভিনা চাংদম্নরমই।

অৱাংবা থাক্তা ইবা ড্রামা-লীলাশিং অসি নত্তবা-ভারতকী লাইতিন অমদি কাব্যশিংদগী লৌথোকপা ৱারী কয়াবু ড্রামালোন্দা ইথোকপা খ্বাইনা (সাধাবন মীয়াম্না) মতমপুম্বদা পাম্নরবা লীলা-ড্রামা কয়া'মসু লৈরমই; মদুদা ঙাং-শকইবা-ৱারীগী পরেং, ভাবক্লা হান্না খংলবা ঙাক্লি। ড্রামা অমগী য়াওফম থোকপা মচাক্তগী উৎথোকপা শরুক্লা হেল্লি। তোঙান তোঙানবা লমগী মীশিংনা ঙাংবা তোঙান তোঙানবা লোন্দা ইনবমই; অসুম্না ইবা শরুক্লা, মফম অদুদগী হেদোক্লমদে। অদুগা সংস্কৃত্তা ইবা ড্রামা লীলাদি, সংস্কৃতনা ভারত পুম্বগী লাইবিক হৈবশিংগী লোন ওইবনা, ভারতকী মফম শিনবা থুংনা চৎনরম্মী।

সংস্কৃত-ড্রামাদি, চিংনবা লৈতনা, মীগী মতৌ মান্নবা তম্বনি, অদুগা ষ্টেজবু মখল মথেন কয়ামরুম থোক্লা শেম-শানবা নিয়মসু পীরি; ভাবক্কী ফম্ফম শিন্নবা রুল কয়াসু পীরি। থায়নগী গ্রীক্লা তৌবগা মান্নদবা ড্রামাদা য়াওরিবা নিপীশিংনা অহানবদা ময়াম থোকতুনা ভাবক্তা খুরুম্বদা শরুক য়ারম্মী। গ্রীক অমসুং সংস্কৃত অনিমক্কী ড্রামাদা প্রক্যতিবু মশক খংনা মফম মতম চানা উৎখি, অদুগা প্রকৃতিগী শরুক অমা ওই হায়বা ৱাখলবু থাদে। ঈশৈনা অচৌবা শরুক য়াই; পুন্সিগী মখল মথেনগী মতাং অমদি শক্তম্বু শৈরেংনা ফোংদোকই; শৈরেং অদু মপুংফাই তাকপদা অমদি ফোংদোকপদা য়াম্না তোয়না শৈরেং থি (হায়ৱ। গ্রীক্কী ড্রামা পাবদা, খংহৌদনা ভারতকী লিরবা চৎনবীবু নিংশিংহনবা চৎনরোন, ৱাখল খনবা মওং অমদি, পুন্সিগী তোঙান তোঙানবা শরুক থেংনগনি। অদুমকপু গ্রীক্কী ড্রামাদি মরুওইবা মতাংদা সংস্কৃতকীদগী তোঙাল্লি।

লীলাগী অরোইবা শরুক্তা অৱাবনা লোয়শিনবা, অৱাবা থৌদোক, ফত্তবা ফলনা গ্রীক ড্রামাগী মরুওইবা য়ুম্ফমনি। করিগী মীনা ৱারিবনো? পৃথিবীদা ফত্তে হায়রিবসি করিবুনো ? ধর্ম্ম অমসুং ঈশ্বরগী মরমদা থিজিল থিজিল্লগা চম্মমনবা কনানসু লাকচবা ঙমদ্রবা লায়বক্কী মায়োক্তা, অঙম শানবা, মিৎতাংবগুম) নিয়ম য়াওদবা, মহোৎননা, পুন্সি লাজংলম্বা, নোংমত হিংনবা পোকপা অঙাংগুম্বা মীওইবসে কয়াদা ৱাপ্রবনো ——" অহোংবা শেমদোকপা তৌদনা, চৎনরিবা আইনর্দি চহি নুংশাংবা, মশানা মীওইববু জ্ঞান তাহল্লি; মহাক্লা মরাইবক ফরবদি মহাকনা হোৎনজবগী মথক্তা মহাক্লা শোয়দনা হায়গৎকনি ঃ

নুংঙাইয়ু, খুদোংথীরবা সমুদ্র ইমাইথক্ত
নোংনুংশিৎপু তাম্বোক্তুনা স্বর্গবু খুদুম চল্লিবা।
মশাগী হোৎনজবা'থক্তা হায়না হুন্না
হায়গৎলিবা নুংঙাইবনি মহাক'দো। অঙকপা খোয়,
পুন্সিগী খোংচৎ, অমগা অমগা লেংথৈনে,
"লম্বুমদা শক্তিদা হেনগৎনৈ, তার্থনৈ মচিন মনাও মরম,
অদুগা তাওথবি চেম্বরি, মীশিংনা কোটিনা খুজিং ওইনা,
কোন্দোনগুম পিদ্রিফ শৌরি আশা লাখা তরানা, কায়থৎপা মতাগুম;
মখোয় খরনা মরাইবক লৈ, মখোয় খরনা মরাইবক থী,
অদুগা অশানা, ৱাহল্লি নত্রগা আশানা নুংঙাইহল্লি;
তোইগুম্বসুং, খংবা ঙম্বা কনানা
লোয়বা লৈতবা নুমিৎ' খোংচৎকুম
মদুদি হিংবদি নুংঙাইবনি হায়বা, ফংনবনি মহাক্তো মাগী স্বর্গ।"

ৱারবতদা মীনা জ্ঞান তায়, মহাকন্না পুন্সিগা করম্না ময়োক্তুগদগে খংই, তৌইগুম্বসুং মহাক্লা খংই পোলোযদা অৱাবতমক লৈহৌই, অদুগা মহাক্কী ৱাহংগী পাওখুম মহাক্লা ফংবা ঙমদে, হায়বদি অফবা অমসুং ফত্তবগী পাওখোং মহাক্লা ফোংবা ঙমদে।

'অৱাবগী শকলোন কয়'ম লৈঃ
অদুগা পোৎ কয়াবু ঈশ্বরনা পুরক্তুনা ওইহল্লি,
হৌখ্রবা আশা নত্রগা অকীবা।
অদুগা পোলোয়দু, মীওইবনা থিরিবা লাকপা লৈত্রবনি,
অদুগা লথী অমতংদি লৈ মী কানা খল্লুদ্রবা।'

সংস্কৃত্তা ইবা গ্রীক্কী অৱাবা ড্রামাগী চীংলেম্বগা অতোপ্পা শক্তি অমগা চাংদম্নবা য়াবা করিমতা লৈতে। অরোয়বা শরুক্তা অৱাবা য়াওহন্দ্রবদা ট্রেজেডি (অৱাবা ড্রামা) তশেংনা শুকওই ওইদ্রবনি। অসিগুম্বা য়ুম্ফম ওইবা ৱাহংদি খন্নদে, মরমদি খ্বাইনা লৌনরিবা ধর্ম্ম-থাজবগী মওংবু ড্রামা ইবশিংনা লৌই। ড্রামাশিং অসিদা, অমুক হন্না পোকপগী থাজবা নিয়ম অমদি ধর্ম্ম অমসুং কর্ম্মগী ফল উৎলি। মরম লৈতনা খুদোংথীবা অমসুং ফত্তবা থোকপা য়াওহন্দে, মরমদি হৌজিক ফংইবা মহৈ (ফল) পূম্নমক নহানমুক্কী মপোক্তা হান্নলা থোকখিবা থৌদোক্কী থোকতবা য়াদ্রবা ; মহৈনি (ফলনি) । হোৎনমন ফংদ্রবসু মীওইবনা লাম্বেংনবা তাবা নম্ফুনা মরক্থৎপা য়াওদে। চম্না শন্দোক্লা তাকপনা দর্শনিকশিং অমসুং ৱাখল খনবা মীওইবু পেলহল্লমদে, থোকহল্লিবা মরমবু অমদি হেন্না মপুংফাবা অর্থবু থিজিন্দুনা মখোয়না থৌদোকশিং অদুগী মরুমদা তত্তনা চৎথৈ। পুন্সিবু মহৌশানা থাজবনা পুল্লি, মদুবু ড্রামা ইবশিংনা; মুকুদে। লীলা-ড্রামা অমদি মরুওইনা সংস্কৃত শৈরেং, ভারতকী ৱাখনগী ইথিনগা মরি মপুং ফানা চান্নে; মদুগী মায়োক্তা হৌরকপা য়ানিংদবগী খোঙ্গুল অমতা তাদে। ড্রামা ইবদা ঙাক্কদবা ইদুনা থম্বা নিয়ম-আইন য়াম্না কল্লি; নিয়ম আইনশিং অদু ককপা লায়না থোক্তে। লাইবক্লা তম্বদা ঙায়দুনা চুম্না লৈথোক্তে, খুদোংথীববু ময়োক য়াবা মথৌনা ফবা মীনা মতমপুম্বদা অকন-অথৌ ওই। 'মুদ্রা-রাক্ষসাদা" জাকক্যনা তুকচবা উত্তুনা হায়, "অপংবনা লাইবক্লা তন্নকপা ঙায়দুনা লৈথোকই। মশাবু মখোয়না থাজবগী মহুত্তা সহরাশিনা মখোয়বু

মতেং পাংলক্কদবা অদু য়েংদুনা নিংঙাইদনা লৈথোকই।" খুৎশেম্না কবিগুম্বদা চংলকই; থৌনা ফবদি মতমচুপ্পদা থৌনা ফবা ওইনা লৈ, ফত্তবা মীনা মতম পুম্বদা ফত্তবা থবক্তা মতৌই, অনিসিগী মবক্তা খন্নবা তাইনবা মমি অমতা তাদে।

ড্রামাগী মওং-মতৌ ফীবম য়ৌনা চাওখৎলমই; চুমলবসু নত্রগা চুমদ্রবসু মদুদা উবা দৃশাগুম্বা, অদুগুম্বা দুশনা কবিনা, মাগী লৈজবা ফজবা লোননা, ফোংদোকপা, ফজবা মখৈ খনগৎলগা ভাবনা শাদুনা ইবা দুশকা পুবা পুনশিন্দুনা য়েকপা, অবেংবা সিলশিং অমদি ড্রামাগী থৱাই হাপ্পা, অবোয়বা শকক্তা, খনবা সিল্লনা, ড্রামা শন্নফম্বু নিংথিনা লৈতেংলি। ওইথোক্তবনি হায়বা খল্লবসু, ভারত্তা লৈবা মীশিংগী মপুন্সি, অহৈত দেশতগী হেন্না শান্তি লৈবমই, থোয়না হেন্না খুবম চেৎলমই; মহাক্কী মৰা, হৌবকফম থিবা ফংলমই, মহাক্কা হংবা ৱাহং পুম্বগী পাওখুম মহাকনা ফংলমই। তপ্পা ইংনা মানা চেম্বৰমই, অকনবা নুংশিৎতনা অমদি লান্না শিৎথিবা; নোং নুংশিৎনা মহাক্কী লৈমাইদা মাংতাকহল্লমই। গ্রীক্কী ট্রেজেডিগী অকীবগী মশক ফংলবা, নোং নুংশিৎকুম্বা কবিমতা য়াওবমদে।মীওইবগী গুণ পুম্নমক শুনা য়াওবমই, প্রকৃতিগী ফজবা পুম্নমক্কা তিল্লমই; মবমচাবা ৱাঙাং পুম্নমক্কা পুল্লমই। সিল্ভেন লিতিনা হায় মদুদি ভাবতকী ড্রামা নাটকাদি খ্বাইদগী নুংঙাইবা ওইনা হৌজিক ফাওবা লৈবি, ভাবতকী খ্বাইগা মান্নদবা হৈ শিংনা অমদি তিন, ড্রামাসিনা উৎলি।

*পোফেসাব এঃ বের্বিডান কাইথনা অসুম্নসু হায়বমই, "সংস্কৃত ড্রামাবু, য়াম্না চুম্না হায়ববদা, ভাবতকী পদাগী খ্বাইদগী ৱাংলবা পোৎথোক অমনি হায়না লৌবা য়াই, ড্রামা মশাবু শন্না হায়ববদা ভাবতকী সাহিত্যবু মশানা য়াম্না থাজনা ইবিবা মীশিংনা লৈজবা পুম্বা থাদুনা ইবা হৈশিংলবা আর্টকী অবোইবা খনবগী শকক ড্রমা মশাদা যাওবি -- - । অতৈ মফমদা তৌবগুম ড্রামা অসিদা য়াম্না থিনা চৈবিবিবা ব্রহ্মণ অসি থাঙ্গৈশেংনমক ভাবতকী উত্তমান ওইবা জ্ঞানগী হৌবকফম্নি। মহাক্কা ভাবতকী দর্শনশাস্ত্র পুথোকলমই।, অদুগা মহাক্কী কান্নবা অমবোমদা অমুক হোৎনহন্দুনা ড্রামাগী ফজববা, মহৈয়াল্লবা মওং অসি মহাক্কা পুথোক্লমই।"

শুদ্রকানা ইবা 'মৃঝকটিকা' বু ইংলিসতা হন্দোক্কুনা ১৯২৪ দা নিউ য়োর্কতা শান্নখি। ড্রামাগী অফ-ফত্ত, ইবদা জার্তগী ওইনা মমিং চৎলবা মিষ্টব মোসেফ টড প্রটচচনা অসুম্না ইখি, "মফম অসিদা নত্রগা অতৈ জগা অমদা নিয়মগী মীওইনা হাযবা তশেংবা ঠিয়েটবগী আর্টকী চপচাবা খুদম অয়েংবা ভাবক কনাগুম্বা য়েংগে নিংলবদি, হিন্দুগী কল্লবা ধম্মগী ইবৈনা মপুংওইনা থুমজৎলবা, খৃষ্টান ধম্মগী চথবকইবা নিতি নিযমদগী হেন্না চুম্নবা থোৎলবা, শিষ্যশিংবু তম্বীনবা শেমলিবা নিয়ম্নুংদসু ফংলবোইদবা, নোংপোক হায়বগী, অশেংবা জ্ঞানগী মবমদা খন্নবা মহাকপু লমজিংবীগদবনি ----- (নোংপোক্ক) লীলা ড্রামা অসি পুবা খুৎশেম্নি, অইববু হেক উবদা পুক্লিংদা পাল্লি মবমদি শজিন্নবা নত্তে, তশেংনা অওইবমক ওইনা উই - লাইবিক ইবা মীদু ওইনিংবা কনাগুম্বা অমা ওইজসনু, খৃষ্টগী চা-মবিশুবদা লৈবম্বসু ওইসনু নত্রগা নিপালশুবদা লৈজসনু, মহাক অদু অফবা অশিংবা মী ওইবমই, মহাক্কী শাজৎ লমচৎ ফজবদু মচিশাবন্দক নত্তে, নৎত্রগা লমচৎফজবা মীদুগী অপুনা ইবা কলমদগী থোবকপা নত্তে তশেংনা অশেংবা থম্মোইদগী থোবকপনি। নহা ওইবগী তনৌবা ফজববু অমদি নুংশিববু অখাকপা লৈতনা (থৌখাক নাযদনা) ফোংদোকপা, পুক্লিংগী মকালাম্বনা মহাক্কী অইংবা ৱাখলবু মথৌ শংই; থৌদোক কয়া শিংনা য়ানশিন্নববা, থম্মোই শেংনা ইবা ৱাবীনা, থোৎনা নৌবা মীনুংশি অমসুং থাজবা পুকচেন ফজববু উৎপদা লমজিংলি।-- লৈতববা সভ্যতাদনা অসিগুম্বা ড্রামা-লীলাবু পুথোকপা ঙমই। থেংনবা থৌদোক কয়া ময়াই খায়দোক্কুনা মশানা চৎনবা লম্বী, সভ্যাতানা শেম্বা মফম মতমদা পোখাবি, কবিগুম্বদা ইংনা, শান্তি ওইনা, চম্না, পীকলিবা অঙাংগুম, ড্রামা-লীলা পুথোক্কুনা। মেকবেথ অমসুং ওথেল্লো, ফবা য়াম্না চাওবা লুচিংবা ড্রামা-লিলা ওইনসু মেকবেথ অমসুং ওথেল্লো অসিমক তমথীববা অকন-অথৌ ঙাক্নি, মবমদি সেক্স-পীয়াবগী অপাম্বনা নাকহৎলবা লৈতাদবা মপুক্লিং, অসি নৌনা লাকপা ৱাখলগী ইচেলগা তমথীববা শাজৎ-লীচংকী মতমদগী চথবকইবা চৎনবীগী ইচেলগা থেংগাইনদুনা থোকপা লৈতাদবা মপুক্লিংনি। ঐখোয়গী মতমগী শাজিনবা ড্রামাদি ইবাং থৌবা পুক্লিংগী পোৎথোক্লি তৌইগুম্বসুং থৌদোক্লা নেমথদুনা মেন্তাববদা, অনিংবা ৱাখলনা শিংনা খন্নদুনা পুক্লিংগী অপাম্বা কোকহল্লবদা, পুম্নমক্কা মাংগ্রবদা মওং অদুবুদি লৈহৌই,-- হৌগ্রবা ইউবোপকী অসিগুম্বা মতাংদা, মপুং মথৈ ফাবা চাওখৎলবা সভ্যতাগী থবক অমদি লিরবা অণ্ডিগুম্বা শরুক অসি ঐখোয়না থেংনদ্রি।

# মণ্ডাশুবা পন্দুপ

## মাপলশুবা তাংকক

# সংস্কৃতকী কান্নবা অমসুং উয়বা

চহি লিশিং অনি চাতরক্কী মমাংদা পানিনিনা ইদুনা থনল্লবা গ্রামারনা য়োমশিন্দুনা, মশা-শেংনা, চেকশিন্না থলমলবা, মখল কয়াগী অকে-'মৌ-লৈতেং ৱাহৈনা থন্না, য়াওরবা, গুম্না মচাক লৈরবা, লংলবা লোন্নি সংস্কৃত হায়বসি। পাক্লা শন্না শদোক্লবগী, চাওখৎপগী অরোইবা লৈতে, হেন্না ফজবা ৱাহৈ লৈতেংনা থন্না য়াওরি অদুমুদি ওইরগা হৌরকফম ওইবা মরুদি মতমপুম্বদা মাংবা লৈতে। সংস্কৃত সাহিত্যনা মরাই চায়থরকপা চহি কয়াদা, মশাগী লৈজবা শক্তি মাংশিল্লকই, লৈতেংগী অচম্বা শরুক মাংথরকই, য়ৌনা য়ানশিন্নবা মওং অমা পুরকই, মান্নবা শকক্লা পাক্লা চাওনা থোরকই, ৱাহৈগী অতোপ্পা অর্থ শীজিন্নরকই। ৱাহৈ কয়ামরুমসু পুন্না তিনশিনবা য়ানবা শেমলম্বা, গ্রামারগী নিয়মশিং, অদু ৱাহৈ পরেং কয়াদা য়াওরবা ৱাহৈ ময়াম্বু লংজা অমতগা পুন্না লেংশিন্দুনা মখোয়গী হৈশিংবা উৎনবা, অদুগা খুৎলায় অমা ওইনা হৈ-শিংনা মীশিংগী মখুত্তা তাপ্রে।

মতম কয়াগী মমাংদা খৃঃ ১৭৮৪ দা সাব উইলিয়ম জোন্সন্না হায়খিঃ 'সংস্কৃত অসি, ফনা য়াম্না কুইববসু মসিগী অঙকপা পুনশিনবা মওং অমা মশাগী, গ্রীক্কী লোন্দগী হেন্না মপুংফায়, লেটিন্দগী হেন্না ফজেঃ অনিমক্কী হেন্না মশা শেংইঃ অদুমুদি ওইরগা লোন অনি অসিগী য়াম্না নকশিন্নবা হেল্লি, ভার্বকি হৌফম মরু মান্নে; তান চাকদুনা মান্নবদগী লৈনরিবা গ্রামারগী শরুক মান্নবনা হেল্লি। লোনশিং অসি অশুক্কী মতিক মশা গুম্না কল্লি, মান্নদি হৌজিক মতমদা মুৎথ্রবা ময়াম্মক্কী হৌফম-ফজবগী চোংথোরকপনি হায়বা মশাগী থাজবা পোক্লবদি, কনাগুম্না দর্শন শাস্ত্রনা মমিং লৈববা মীওইশিংনা লোনশিং অসিবু চাং য়েংবা গুমদে।

ইউরোপকী পণ্ডিত কয়ামরুম,-ইংলণ্ড, জর্মন অমসুং অতৈ লৈবাক্কী পণ্ডিতশিংনা সার উইলিয়ম জেন্সকী মতুং ইল্লকলম্মী, মখোয়না চচ্চা তৌবমই, অনৌবা বিজ্ঞানগী মান্নবা লোম্লোক্কী য়ুম্ফম শেল্লমই। জর্ম্মন পণ্ডিতশিংনা অনৌবা লোনকী লমদা মাংজৌননা খোয়াথি মরমসিনা তরামপন শুবা শকান্দিদা, সংস্কৃতকী মরমদা কুপ্পা থিন-নৈনবগীদমক জর্ম্মন পণ্ডিতশিংনা খ্বাইদগী চাওবা ইনাম লৌখি। থবক ওইনসু জর্ম্মন বিশ্ববিদ্যালয় খুদিংদা সংস্কৃতকী ডিপার্টমেন্ট হাংহনখি; ডিপার্টমেন্ট খুদিংগী চার্জ্জ, প্রোফেসার অমনা নত্রগা অনিনা পুরমই। অরিবা ষ্টাইল, ফৈ-ফত্তে খন্নবা য়াদবমখৈ লিথ্রবা, অর্বিক অমসুং পার্শিয়া লোন নত্তনা মিঁরৈবাক্কী অরিবা লোন অমতগা মান্নদ্রবা সংস্কৃত চর্চ্চা তৌনবা ভারতনা, শেম্ফম চাওনা বৃত্তি পীরমই। ইউরোপকী থৌশিন মখাদা, ভারত্তনা অনৌবা মখলগী বৃত্তসু পীরমই; অনৌবা চৎথনরিবা রিসার্চ, চার্চ্চ) অমদি মান্নবা লোন তমশিন্নবা অনৌবা নিয়ম তমনবা ভারতমচা কয়ানা ইউরোপ্তা (মরুওইনা জর্মনদা) চৎনরমই। ইউরোপতা লৈবা মীশিংদগী হেন্না ভারতমচাশিংনা খুদোংচাবা ফংলমই; অদুমুদি ওইরগা খুদোংচাদবা লৈত্তবসু নতলমদে। হান্না খংনরবা ৱাখল, তৌফম থোকপা মরম চাদনা, হেন্না মরৈ তৌনিংবা (য়েৎনবদা মখোয়না ইঙমদা গুম্বা), মীরোন কয়া চথরক্লবা থাজবা অসিনচিংবনা খুদোংচাদববু থোকহল্লমই। ইবগী শক্তি হেনগৎহনবা, অকোয়বগী দৃশ য়োকপা, অনিমকপু থোং চানহনবা অসিনা খুদোংচাবগী শরুক্নি।

গ্রামার অমসুং ফিলোজোফি (লোনগী বিজ্ঞান) দগী, লোন্না, লাম্বা ফংদবমখৈ চাওবা হেল্লি। জাতিগী, কলচরগী খ্বাইদগী মান্নদবা শরুক, ৱারেং-শৈরেংদা ইদুনা থমইবনি লোনসি, মীওইবগী অচুম্বা অমদি শাজিন্নবা ৱাখলবু মতমচুপ্পদা

লোনতনা লেংদনা লৈহনবা ওমই; শেমনিংবা মওং তানা শেন্দা ওমই। চহি চহি খুদিং লোনগী ৱাহে-অর্থ হোংলকই; লিরবা শরুক্লা মশামকত নৌথোকহল্লি, হোংদোক্তুনা অরিবা ফীজোন। অরিবা ৱাহে অমসুং ৱাহে কাংলুপকী অর্থ, হান্না লৈজরম্বা শরুক্তগী ৱাংনা তানা, লৌবদা লুনা থোকই। অরিবা ৱাহে-ৱাতাগী অর্থ অমদি মমাংঙৈ মতমগী লোন শীজিন্নরম্বা মীওইশিংগী ৱাখলগী তশেংবা শক্তম লাক্কে হায়বদি মশাগী লৈজবা গুণগী ৱাংমদা হেন্না ফজনা থন্দুনা পুথোকপা অমদি কবিতাগী ওইবা মওংদা চংশিনবা তাবনি। লোনগী পুকে চাওরকপা অদুক ১দি লোন্না চাওখৎপা হেল্লকপা অদুক লুবসু অসুম হেঞ্জিল্লকই। অতৈ অরিবা লোন খিবিক্কুম সংস্কৃতকী পুকে চোন্না লৈরমই; পুকৈদুদা য়াওরি থন্না কবিতাগী ফজবা ৱাহে, অয়ৌবা অর্থ ফোংদোকপা ৱাহে, য়েংবদা অর্থ হন্দোকপা অতোপ্পা লোন অমদা য়াদ্রবা, য়ানশিন্নরবা, পুনিংবা অর্থ পুবা য়াবা ৱাহে কয়ামসু য়াওরি। (মহাক্কী) মসিগী গ্রামার অমসুং দর্শন্দা লুরবা কবিতাগী শরুক য়াওরি; য়াম্না লিরবা অভিধান (লোনগী ৱাহে অর্থ শুনা ময়েক মতুংইন্না ইবা লাইরিক)অমদি শৈরেং ওইনা ইরমই।

থায়নগী লোন্দাপুদা অদু য়ৌনা হৈবা, অমদি মতমদুগী পৃথিবীদুদা অমুক হন্না লৈবা, সংস্কৃত তন্নবা ঐখোয়দা ফাওবদা অরায়বা থবক নত্তে। খরমখৈদি ঐখোয়না মদু তৌবা ওমম্বসু য়াই; মরমদি থায়নদগী চত্থরকইবা চৎনবী অদুগী স্বত খরদি ঐখোয়না ফংই, অদুগা মতমদুগী পৃথিবীগী শরুক খরমখৈদি ঐখোয়গী ৱাখলদা লৈরি। হৌজিক ঐখোয়না ভারত্তা ওাংন-শক্লরিবা লোন পুম্নমক সংস্কৃতকীমচা ওাক্লি (সংস্কৃত্তগী থোরকপা ওাক্লি) লোনশিং অসিগী ৱাহে-ৱাতা অয়াম্বা অমদি খোঘোক্কী মওং পুম্নমক, সংস্কৃতকী শরুক্লা অয়াম্বনি। সংস্কৃত শৈরেংদা অমদি দর্শনশাস্ত্রদা য়াওরিবা ফজরবা, মরৈ-মপুং ফারবা ৱাহৈশিং অতোপ্পা জাতিশিংগী মরোন্দা অর্থ হন্দোকপা য়াদবা মাম্নবা মহুৎশিনবা য়াবা ৱাহে লৈতবা) ৱাহৈশিং-হৌজিকত ফাওবা ঐখোয়না লোন্নরিবা লোনগী শরুক ওইরি। মীওইবগী লোন অমা ওইনা, কুইনা শিদুনা লৈরক্লবসু সংস্কৃত মশাগী অঙকপা মগুণ, অমদি কান্নবা শরুক, হৌজিক ফাওবা লৈরি। অদুগা ফনা য়াম্না লাইরিক লাইশু হৈবা ওইদুনসু মীরৈবাককী মীশংগী মফমদদি থোয়না হেন্না লুনা থোকই। লাইবকথীবদি, পণ্ডিত অমসুং লাইরিক লাইশু হৈবা মীশিংদি পংনা কবি ওইগনদে; লোন অমা অর্থ হন্দোকপদা য়াম্না দরকার ওইরিবদি পণ্ডিতসু ওইবা কবিনি (পণ্ডিত-কবিনি)। এমঃ বার্ডনা থিন্দুনা তাক্লম্বগুম্না হায়রিবা পণ্ডিতশিং অসিদগী ঐখোয়না মহৌশানা ফংই; 'traductions indidéls à force d'étre littéracles'. (মীরোন কয়া চত্থরকপা শকক্লা লাইরিক ইবশিংদা, থাজদবগী ইথিন অমা পোকহল্লি )।

লোনগী বিজ্ঞান্না অমগা অমগা চাংদম্নদুনা চাংয়েংনরকপা অমসুং চাওখৎপা হেনগৎলকপসিদা অদুগা সংস্কৃততা রিসার্চ্চ তৌরকপসিনা, ৱারেং-শৈরেংগী ফজবা শরুক্লা লোন অসোমদা চংশিনখিবা লোন অমা ওইনদি, কান্নদবা, শীজিন্নবদা খুৎলোয়দবা কাংখ-থাং ওইহৌরি। ইংলিসতা অমদি মীরৈবাক্কী করিগুম্বা লোন্দা সংস্কৃতপু চপ চানা হন্দোকপা ৱানা থোকই। লোন অসিমক মশানা মপুং ফাজরিবা হৌরকফম মরা হোংদবা লোন্নি। তোঙানবা মরম খরা লৈবনা ভারতমচা অমদি মীরৈবাকমচানা ওম্নদ্রিবনি। মসি অৱাবা অমনি; ফজব, ভাবনা শাবা, ৱাখল মুন্না তৌবা শরুক্লা থল্লবা পোৎ অমদি পৃথিবী অসিনা মাংজরবনি; মদুত নত্তনা ভারত জাতিগীদা নত্তনা মীওইবা জাতি পুম্নমক্লা ফংফম থোকপা চাওরবা স্বত্ব অমসু মাংজরবনি।

থকসি খাসি নাইবা, ব্যবহার ফজবা, বাইবলগী য়ানরবা পাওতাকপু হন্দোক্তুনা উৎলিবা ইংলিসকী জ্ঞান্না লেমজনফম ওইরবা লাইরিক অমা পুথোক্লি; মসিনা ইংলিস লোন্দা পাঙ্গল অমসুং ইজৎ হাপলি। ইউরোপকী কবি অমসুং পণ্ডিতশিংনা মীরোন কয়া চুপ্পা গ্রীফ পাটিনগী লিরবা শরুকপু ইংনা চার্চ্চা তৌদুনা তোঙান তোঙানবা লোন্দা ফজনা হন্দোক্তুনা ইথোক্লি। অসুম তৌবনা সাধারন মীচম ফাওবনা কলচর অদুদা খরমখৈ শরুক য়াবা ওমলি অদুগা লোয়ননা মখোয়গী তেল্লবা পুন্সিদা অচুম্বা অমসুং ফজবা ৱাখলগী শক্তম অমা লেপলি। লাইবক থীবদি অরিবা সংস্কৃতকী মপান্না থবক অসি পাংথোকপা তাবনি। করম্বা মতমদা তৌগনি নত্রগা মসি তৌবা তাৱা, তৌদবা তাৱা, ঐহাক খংবা ওমদে। ঐখোয়গী কবিগী মশীংসু হেনগৎলকলি অদুগা জ্ঞানসু চাওখৎপা হেনগৎলকলি, ঐখোয়গী কবিসু লৈরবনি তৌইগুম্বসুং অনিসিগী মরক্তা লাওরবা পাকলবা কারক অহাংবা অমদি পাকপা তত্তবা হেনগৎলকলি। ঐখোয়গী শেমগৎশাগৎপগী পান্দমদু মাইকৈ ফাংনা শমজ্জি খায়দ্রে পৃথিবীনা

ওইনা ঙসি ঐথায়গী ইথক্তা তাল্লিবা দাবীনা অরিবা লোনগী মরমদা থীজন-লৈন্নবা অহাংবা মতম অমতা ঐখোয়দা পীদ্রে। মরুওইনা ভারত্তা অতোপ্পা লম্বী অমা ঐখোয়না য়েংবা তাবনি লোয়ননা শাংনা মাংখিবা মরম মেনখৎপা তাবনি; মতম অমদা তারিবা লোন্দা কাহেন্না পুক্লিং লুপ্পুরে, শেমগৎ-শাগৎনবা জ্ঞানগী সথিন মাংখিবা মরম্না, অসুক চেকশিনবা তন্ফম থোকপা লিরবা লোন্না ঐখোয়দা পুক্লিং থৌগৎপসু তৌদ্রে। ঐহাক্না খনবদি ভারতকী লিরবা লোন্দগী হন্দোক্লবা অসি লেপ্পুনা থোরকখিগনি; অদুগা সংস্কৃতকী, ৱাহে, ৱাতা, অমদি মমিংশিংবু মরম চাবা চুম্না হায়দুনা শীজিন্নরিব্রা হায়বদু পণ্ডিতশিংনা য়েংশিনবীগদবনি; মশাগী ওইবা অচুম্বা খোম্থোক থোকহনগদবনি। মসিগী মতাংদা অইবা নোট (ওইহৌনিংবা শরুক), শঙ্গোম্না ইবা শরুক, অমদি চাংদম্নদুনা য়েংবা শরুক, ৱাত্তপাদনা লৈরি। তশেংবদি মচাক পুম্নমক ওম্না লৈরি-ইবগী পাঙ্গল অমসুং জ্ঞানগী শক্তি অদুবু মতমপুম্বদা ময়েংতাদনা লৈবা, ইহন্নিংবগী ইথিন অমদি ইৱাৎ ৱাৎলি। নিংথিজরবা নুংশিজরবা ঈশেগুম, ফজরবা অমদি মপুংফারে খনবা ভাবনা থৌনাগুম্বা হিংবা অমসুং হিংবগী নুংঙাইবা হায়বা করম্বা পোৎ ওইরিগবা; নহা খাংউথক্তা মাংবগুম পুন্সি অসি ওইবা পুন্সিমগী মতাং অমদি ফজবগী শরুক য়াওদ্রবদা পণ্ডিতকী চার্চাগী উফুল্লনা, অহিং নোংয়াইদা ঙৌবা থাওগী মনম্না মলকামি, পখহনগনি অমদি (অরেম্বা তাহনগনি) পুমহনগনি।

সংস্কৃতনা লোনশি হায়বদি মীনা পাম্না ঙাংনদবা লোন ওইরকপসি কয়া কুইরবগে ঐহাক খংদে। ভাবত শিনবা থুংনা, লাইবিক হৈবশিংগী লোন ওইববসু কলিদাসকী মতমফাওবা ভারত জাতিনা লোন ওইনা ঙাংনরমদে। অদুগা সংস্কৃত অসি কুমজা কয়া চংনরমই; খা-নোংপোক এশিয়াদা অমদি মধ্য এশিয়াদা লৈবা ভাবতকী লোইলমশিংদা শন্দোকলমই। খৃঃ চা তরেৎ শুবদা কম্বোডিয়াদা সংস্কৃতনা দ্রামা শান্নবা, মফম পুম্বদা চাং অমত ওইনা সংস্কৃত ৱাবেং শৈরেং থিবম্বগী বেকোর্ড লৈ। থাইলেণ্ডদা (শ্যামদা) ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থবক পুম্নমক সংস্কৃতনা ঙাক পাংথোক্লমই। ভারত্তা সংস্কৃতপু লুনা তৌবা অসিসু অঙকপা অমনি। খৃঃ চা তরাহুমদোই হৌরকপা অদুৱাইদা, অফগান-নিংথৌশিংনা দিল্লিগী সিংহাসন কাবা মতমদা, পর্শিয়ান লোন্না ভাবত অপুম্বগী কোর্ট,-লোন ওইরমই ; অদুগা লাইরিক হৈবা কাংবুনা লোন অসিবু সংস্কৃত লোন্দা হেক হেক পুশিল্লমই। মযাম্না ঙাংনবা লোন্না চাওখৎলকপগা লোয়ননা লাইবিক-লাইশুসু লোন অদুনা ইনবমই। মফম খবদা চাং তাববসু গার্শিনি লোন চৎন-চৎননা, সংস্কৃতসু মুৎপা লৈতনা অসুম চখরমই। খৃঃ ১৯৩৭ তা ত্রিবান্দমদা তৌখিবা ওবিয়েন্টেল কনফরেন্সতা সভাপতি ওইনা ৱা ঙাংবদা ডাক্তর এফঃ এফঃ থোমাস্না হায়রমই, "লিচিং অমতা ওইবা সংস্কৃতকী শক্তি ভাবত্তা কয়া কনগ্রবা; কয়াদা পাক্না শন্না শন্দোকখিবম্বা। ঙসি ভাবত অপুম্বগী অমতা ঙায়রবা লোন অমগুম, সংস্কৃতকী চল্লবা মওং অমদি সংস্কৃতকী অহানবা য়ুম্ফম খ্বাই পুম্নমক্না হৌগৎকদবনি। মহাক্না মত মান্নরবা মহৌশা সেক্স মুল্লাবনা হায়খিবা অদু মহাক্না পল্লমই", সমাজগী অহোংবা কয়া থোকখ্রবসু, ধর্ম্মগী অহোংবা কয়া লাকখ্রবসু, মীবৈবাক্কী মীশিংনা তোয়না লান্দারকলবসু, পাকচাওরবা লৈবাক অসি শিনবা থুংনা অমতা ঙাইরবা লোনগুম সংস্কৃতপু অদুম কায়দনা ঙাংনদুনা মতম কয়াগী মমাংদগী হৌজিক ফাওবা চখরকইবা অসি অঙকপনি। ....... বৃটিশনা পাল্লবা মতুং চহি চা কয়াগী মতুংদা, ঙসি ফাওবদা, ইংরেজি তম্না তম্না, ডেন্টিগী মতমদা ইউরোপ্তা লেটিন খংনবগী হেন্না ভাবত্তা সংস্কৃতপু পাক্না শন্না হেন্না খংনৈ হায়বসি ঐহাক্না থাজে"।

ডেন্টিগী মতমদা ইউরোপ্তা লেটিন খংবা মী কয়া য়াম্নম্বগে হায়বা ঐহাক্কী আইডিয়া (ঐহাক্না খংবা) লৈতে; ঙসি ভারত্তা মী কয়ানা সংস্কৃত খংবগে হায়বদুসু ঐহাক খংদে; অদুম্নদি ওইরগা ভারত্তা মরুওইনা খা ভারত্তদি সংস্কৃত খংবা মী য়াম্না লৈ। হৌজিক লোল্লিবা হিন্দু-আর্য্যগী লোন হিন্দি, বেঙ্গলি, মারঠি, গুজরাটি অসিনচিংবা লোনবু নিংথিনা খংইবা মীনা, চুম্না ঙাংবা সংস্কৃতপু খংবদা য়াম্না লুনা থোক্তে। হিন্দু-আর্য্যগী লোন অমা ওইনা, হৌজিকমক ঙাংনরিবা, উর্দুদা সংস্কৃতগী থোকপা ৱাহে চামদা ৮০ দি য়াওরি। পর্শিয়া অমসুং সংস্কৃত লোন অনিগী হৌবকফম ৱাহে মান্নবনা, ৱাহে অমা, লোন অনিগী মরত্তগী, করম্বা লোন্দগী থোবকপগে হায়বদু লুনা থোকই। য়াম্না ঙকপা অমনা, খা ভারতকী দ্রবিড্রিয়ান লোন অসিগী হৌরকফম সংস্কৃতকীগা য়াম্না খেৎনৈ, ৱাহে অয়াম্বা সংস্কৃত্তগী পুবা অমসুং লৌশিনবনা, লোন অসিগী ৱাহে তংখাই অমরোমদি সংস্কৃতকা য়াম্না মান্নে।

তোঙান তোঙানবা বিষয়দা, দ্রামা-লীলা ফাওবা, য়াওনা, মধ্যযুগতগী ঙসি ফাওবদা অতৎপা লৈতনা সংস্কৃত্তা লাইরিক কয়ামরুম ইথরক্লি। তশেংনমক, মতম মতমগী ওইনা অসিগুম্বা লাইরিক অসি লেপ্পুনা থোরকলি; সংস্কৃত মেগাজিন

ফাওবা তত্তনা ফোংলি। ইরিবা থাক পংব্রাং ব্রাংবদি নত্তে অদুনা লাইরিকশিং অসিনা সংস্কৃত সাহিত্যগী থাক হেন্না হেন্না ব্রাংখৎহনবদি থোক্কে। অদুমদি ওইরগা, য়াম্না ওকপা অমনা, চথরিবসি ইকায় কায়দনা, লেপ্তুনা, শাংলবা মতম অসি, সংস্কৃতকী লাইরিক ইবা-ফোংবগী থবক চখরকলি। করি করিগুম্বদা, অচৌবা মীতিন্দা, তিল্লরিবা ময়ামগী মনুংদা অখন্নবা মীওইনা, মহৌশানা য়ামদ্রবসু শাংনা ঙাংদ্রবসু ঙাংনবদা সংস্কৃত লোন্না ঙাংনরমই।

সংস্কৃত তত্তনা শীজিন্নরকপনা, ভারতকী হৌজিক ঙাংনরিবা লোনগী মশাগী চাওখৎ-খোংথাংদা অপনবা শী হায়বদা চিংননিংঙাই ওইদে। শেমগৎ-শাগৎপা নত্রগা ব্রাখল চংবা লাইবিক, সংস্কৃত্তা ইবদা অমদি পার্শিয়াদা ইবদা, চুম্নগী মবোন শুদবা লোন্না মতিক চাদবনা লাইরিক হৈবা, জ্ঞান লৈবা মীশিংনা অঁতে লোনশিংবু হন্থবা মিৎয়েংনা য়েংই। অসুম্না খুৎলোয়দ্রবসু, অচৌ-অচৌবা প্রদেশকী লোননা চহি চা কয়াগী মনুংদা তপ্পা তপ্পা মওং অমা তাবক্লি, লাইরিক ইবদা খজিক চাওখৎলক্লি অসুম্না লোনশিং অসিগী সাহিত্য শেমগৎনবক্লি।

মসিমসু খংবদা নুংঙাই, মদুদি মতমগী থাইলেগুদা অনৌবা খুৎশা হৈবগী বিজ্ঞাপ্তিকী, শাসনগী ব্রাহে-ব্রাতা দবকাব ওইবকপা মতমদা সংস্কৃত্তগী ব্রাহে য়াম্না লৌথোক্তুনা শীজিন্নে।

মমাংঙৈগী ভাবতবাসীশিংনা খোম্বোক্তা মকওইবা য়াম্না পীশিল্লমই; মবম অদুনা ব্রাবেং শৈবেং অমদি মখোয়না লাইবিক ইবদা সব্দ অমদি ঈশৈগী লৈতবা য়াদবা খোম্বোক্কী, মচাক মগুণ ফজনা ঙাক্লমই। ব্রাহৈগী অচুম্বা খোম্বোক শোয়দ্রে খংনা ইন্নবা, হোৎনবদা ঙম্লমখৈ হোৎনবম্মী; মবমসি ঙাক্লবা পাক্লা চাওনা নিয়ম কয়ামকম শেমলমই। মমাংঙৈ মতমদা চিন্দা হায়দুনা ঙাক তম্বীবম্মী, লাইবিক পুম্নমক (মকোক্তাগী লোয়বফাওবা) ঙম্না চিন্‌ফা পুনবমই; অসুম্না মীবোন মথং মথং চখনবমই; মবম অসিনা খোম্বোক চুম্না হায়বা দবকাব ওইবমই। মশাগী ওইবা খোম্বোক্লা অশেম্বা খোম্বোক্লা কবিগুম্বদা য়ার্নাশন্দুনা লাকই; অদুবু ব্রাহৈগী খোম্বোক্লা ব্রাহৈগী অর্থ খংহনবদা, থোক্লকইবা খোম্বোক্লা খংনবা ইন্দ্রিগা পুন্না চৎমিন্নহন্নবা ঙমইবমখৈ হোৎনবা তাবনি; মদু তৌববতদা অনি পুন্না হোদোক্লবগী নুংঙাইবা অমা পুক্লিংদা ফাওই। মাসিগী মতাংদা ইঃ ঐচঃ জোনষ্টোন্না ইবমই "ভাবতকী থায়নগী কবিশিংগী তোঙান তোঙানবা খোম্বোক্কী কুপ্লবা জ্ঞান লৈনবমই; মবমসিনা মখোয়না ইবা শকক্লা অঁতে লৈবাক্কী সহিত্যদা লম্বা তৌবদা ব্রানা থোকই; নৌনা কুপ্পা থোকপা মখোয়গী সাহিত্যগী খোম্বোক্তি নুংঙাইতনিংঙাই লৈত্রবা নুংঙাইবা পুম্বগী হৌফম্লি। অদুবু মখোয় খবদি, অচুম্বা অর্থ, তাবদা নুংঙাইবা খোম্বোক, মশানা খংনা য়াওহন্দবমখৈ, ব্রাহৈগী খোম্বোক্লা অর্থতগী চাশিন্ননবা হোৎনবা য়াওই; অকক্লবা ব্যজ্ঞান মশীং খবতনা, করিগুম্বদা অমতনা, ব্রাবেং শৈবেংগী পবেং অমা শেমদুনা মখোয়না তশেংনা তমথীববা চন্নবা শকক হাপচিল্লি।" *

থায়নগী মতমদা শেমদুনা খোম্বোক্কী অশম্বা নিয়ম কায়দনা, হৌজিক বেদ থিনবি (পানবি)।

হৌজিক লোন্নবিবা ভাবতকী লোনশিং অসি সংস্কৃত্তগী থোক্লখিবা ঙাক্লি, মবম অসিনা লোনশিং অসিবু হিন্দু-আর্য্যগী লোন হায়না কৌনবি; লোনশিং অসি – হিন্দি-উর্দ্দু, বেঙ্গলি, মাবঠি, গুজবাটি, উবিষা, অগামী, বাজষ্ঠানী (হিন্দি মখল অমা), পঞ্জাবী, সিন্ধি, পাশ্চু, অমসুং কশ্মীবী অসিনচিংবনি। দ্রাবিদ্রায়ানগী লোনশিংনা-তামিল, তেলেগু, কনাবীজ, অমসুং মালয়ালম্নি। লোন তবামঙাসি ভাবত শিনবা থুংনা চৎনবি; লোনশিং অসিগী মনুংদা হিন্দিনা, উর্দুগা খবমখৈ খেৎনববসু খাইদগী পাক্লা শন্না ঙাংনব লোন্নি; লোন অসি ঙাংনদবা লৈবাক্তা ফাওবা লোন অসিবু খংনৈ। লোনশিং অসি নত্তবা, মচা তাবকপা লোন, লম খরতদা ঙাংনবা, চাওখত্তবা লোন, চীং-মান অমদি বন-জঙ্গলদা ঙাংনবা লোন কয়া 'মসু লৈবি। ভাবতকী তোয়না লীববা ব্রাবী, লোন চামঙা অমদি চামঙাদগী হেনবা লোন্দা ইবমই হায়বসি লোনববু চার্চ্চা তৌবা কাংবুগী অমদি সেন্সস কমিশনাবগী ব্রাখলগী ব্রানি। মখোয়না মসিমসু হায়, আসাম, বেঙ্গলগী ঙমখৈ লমদা ঙাংনরিবা খব খরতা ওইনা খেৎনবা লোনশিং অমদি চীংগী লমদা ঙাংনরিবা লোন খুদিংমক ব্রহ্মাগী লোনগা মবী লৈনবা অতোপ্পা তোঙানবা লোনশিংনি; লোনশিং অসিগী লোন অমমবু মী চামা অমা, অমদি মী লিশিং অমরোমতনা মতম অমদা ঙাংনরম্মি। লোন চামরোম হায়রিবসিগী অয়াম্বা লোন্দি ভাবতকী নোংপোক ঙমখৈদা অমসুং বর্ম্মাগী শাংলবা নোংপোক ঙমখৈদা চৎনরি। সেন্সস কমিশনারনা পুথোকপা মতুংইন্না ইউবোপ্তা লোন চাম-চামনা খুজিং ওইনা লৈ; ঐহাক্লা নিংবদি জর্ম্মনতদা চাওরাক্লা লোন হুম্ফুরোম শুগনি।

ভারত্তা লৈবা অশেংবা লোনগী মতাংদা হংনরকপদা, অসুক য়াম্বা লোনয়াম অসি হায়নরুবগী কান্নবা লৈতে। হৌজিকমক ঙাংনরিবসি হায়রবদা,হিন্দি-উর্দ্দু, লোন অসিতনি; লোন অসিগী লাইরিক ইবদা শীজিন্নবা ময়োক্কী শক্তম অনি, খুৎই শক্তম অনি লৈ। ঙাংবগা ইবগা খেৎনবা লৈতবগুমই; অদুবু ইরকপা মতমদদি মরুওইনা য়াম্না লাপ্পগ্রে। য়াম্না খেৎনরিবসি খেৎনদনবা, অনিগী অমতা ওইবা শক্তম, হিন্দুষ্টান্নী মিংথোন পুথোক্লবা য়াম্না কম্না হোৎনরমই, হৌজিকসু হোৎনবা লেপত্রি। মসিনা, ভারত অপুম্বদা খংন ঙাংনবা লোন অমতং শেমগৎ-শাগৎকদৌরিবনি।

সংস্কৃতগী থোকপা হিন্দু-আর্য্যগী লোনশিংগী মনুংচনবা পাশ্টো লোন অসি অৱাং নোংচুপ ওমখৈ লম অমসুং আফগানিষ্টান্দা খ্বাইনা পাম্বা ঙাংনবা লোন্নি। ঐখোয়না লোন্নরিবা লোন্দগী হেন্না পার্শিয়ানা লোন অসিবু লৈদুনা পুরমই। মরম অমদা, ওমখৈ লম অসিদা, ফাওনবা জ্ঞানী, পণ্ডিত অমসুং সংস্কৃত গ্রামার ইবা মী কয়া পোকখি।

সিংহলিজনা লঙকাগী লোন্নি। লোন অসিবু সংস্কৃত্তগী থোকখিবা হিন্দু-আর্য্যগী লোন্নি। লঙকাদা লৈবা মীশিংনা ভারত্তগী বুদ্ধ ধর্ম্মবু মখোয়গী ধর্ম্ম ওইনা চৎপদা নত্তনা, জাত্তা, লোন্দা, ভারত্তা-লৈবা মীগা মরী লৈনে।

ইউরোপকী লিরবা লোন অমসুং হৌজিক ঙাংনরিবা লোনগা সংস্কৃতকা নক্লবা মরী লৈনে হায়না হৌজিক নিংথিনা খংনরকলে। শ্লেভোনিক (মীনায়গী) লোনগা সংস্কৃতকা অনিগী মান্নবা ৱাহৈ-ৱাতা অমদি ৱাহৈগী মান্নবা হৌফম লৈ। সংস্কৃতকা খ্বাইদগী নকনবা ইউরোপকী লোনদি লিথনিয়াজী লোন্নি।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## তরাশুবা তাংকক

# বুদ্ধ ধর্ম্মগী হৌফম অমসুং কায়দা

বুদ্ধনা মাগী পোক্লফম লমদমগী লোনবু শীজিন্নরমই হায়নৈ; সংস্কৃত্তগী থোরকপা প্রাবৃৎনা হায়রিবা লোন অসি ওইরমই। তশেংনমক মহাক সংস্কৃত খংলম্বা তাই; মী খুদিংমক্না খংনবা, মহাক্না মশাগী (মরৈবাক্কী) লোন শীজিন্নবা পামলমই। বুদ্ধ ধর্ম্মগী ধর্ম্ম-পাওতাক, ইহান হান্না ইরম্বা, পালি লোন অসি, হায়রিবা প্রকৃৎ লোন্দগী ফজনবা শেমদোকখিবনি। বুদ্ধনা লৈখিদ্রবা মতুং য়াম্না শাংথনা মহাক্না ৱারী ৱাতাই শানবদা ঙাংলম্বা, অতৈ মরম অমসুং খন্ন-নৈনরম্বা পুম্নমক পালিদা ঙম্না ঈশিল্লমই; হিনায়ানা বুদ্ধধর্ম্মা চৎলম্বা লঙকা, বর্ম্মা অমসুং শ্যামদা, বুদ্ধনা হিংলিঙৈদা ঙাংলম্বা, খন্ন-নৈনখিবা শরুক্না, ধর্ম্ম অসিগী য়ুম্ফম ওইরমই।

বুদ্ধনা লৈখিদ্রবা মতুং চহি চা কয়া ফাওবা ভারত্তা সংস্কৃত নিংথিনা চৎনরমই ; বুদ্ধ-পণ্ডিতশিংনা ধর্ম্ম অসিগী হৌফম-নিয়ম অমদি মখোয়না ইবাগী থবক পুম্নমক সংস্কৃত্তা ঙাক ইরমই। বুদ্ধ ধর্ম্মা শন্দোকপা মতেং পাংবা ওইবা অশ্বারখাওনা ইরম্বা পুস্বা অমদি দ্রামা-লীলা খিবিক (ঐখোয়না থেংনবা ইহান হানবা দ্রামা-লীলা পুস্বা) সংস্কৃত্তা ইরমই। ভারত্তা লৈবা বুদ্ধধর্ম্ম পণ্ডিতশিংনা সংস্কৃত্তা ইরম্বা পুম্নমক, ধর্ম্ম অসিগী মাহায়ানা চৎপা লমশিং-চীনা, জপান, তিব্বৎ অমসুং ময়াই-এশিয়াদা চৎলমই।

বুদ্ধনা পোকপগী চহি অসি করম্বা মতমদেনা হায়বসি ভারত্তা য়াম্না খংনিংবা খোয়রাংনরমই; কুপ্না থিন-লৈনরমই। মসুম তৌবসি ভারত্তদা নত্তে, লাও-জে অমসুং কোনফুসিয়স অমদি জোরোষ্টর অমসুং পায়থোগোরাজগী চহিগী মতাংদসুনি। ভারত্তা, হাকথেংনবা পোৎকী অচুম অরান থিজিনবা ঈহৌ অমা লাক্লমই লোয়ননা ভাগবত গীতা, বুদ্ধ ধর্ম্ম, জৈন-ধর্ম্ম অমসুং ৱাখলগী তোঙান তোঙানবা ইচেন কয়া থোরকখি। তোঙান তোঙানবা ৱাখলশিং অসিগী ইচেন্না ভারতকী দর্শনশাস্ত্রগী পন্দুপ কয়া অমনা ওইখি। অমগা অমগা মরী লৈননা ৱাখলগী তোঙান তোঙানবা মরোম কয়ামরুম থোরকখি, করিগুম্বদা মান্ন-মান্নবা মরোন্না অমতা ওইনা পুনশিন্নখি। বুদ্ধধর্ম্মগা হিতান্ননা দর্শনগী তোঙানবা স্কুল কয়ামরুম থোরকখি; বুদ্ধধর্ম্ম মশামকসু মতুংদা মত তিন্নরক্তুদা তোঙানবা ৱাখলগী স্কুল (কাংবু) কয়া অমা থোক্লা তোখায় তারমই। ফিলোসোফিগী ইথিন্না চাং তাথপ্রবদা বিশ্বদিদ্যালয়দা তথা-নৈনবা অমদি মত মান্নদবা মতাংদা দিবেৎ তৌনবনা মহুৎশিনবা হৌপ্রে।

পৃকৃতিগী লৈজবা মশানা চুমজরবা বিষয়শিং, হৈ-শিংবা উত্তুনা য়েংনবা খংনবা তৌদনবা বুদ্ধনা মাগী মীশিংদা হায়রমই। মহাক্না অসুম্নসু হায়রমই হায়, "করিগুম্বা বিষয় অমগী মরমদা ৱা ঙাংবা ঙমদবা মী অদু তুমিন্না লৈগদবনি।" লেপ্পা লৈতনা চখরিবা থবক অদুদা মশানা অচুম্বা শরুক য়াওরবনি; থবক তৌদ্রবা অশিবগুম লৈরবা শরুক্কী মরমদা য়েংনরগা অচুম্বা ফংগদবা নত্তে; মতাং অসিগী মরমদা য়েংনবদি মীওইবগী খনবা ঙম্বা পাঙ্গলগী ৱাংমদা লৈত্রবনি। মীওইবগী পুন্সি অমসুং থবক্কী চৎনারোনগী মতাংদা মহাক্না কনশিননা হায়রমই; প্রক্যতিগী অরানবা খোংচৎনা মীওইবগী ৱাখলবু মচু শংথ্রবদা হান্ননা, অসিগুম্বা চৎনরোনবু থৌশারক্তে; চৎনবীদে। বুদ্ধগী দর্শনিক ওইবা, মরমচাবা ৱাখলনা অহানবদা বুদ্ধ ধর্ম্মদা থরমখৈ মমি তাবা হৌখি। বুদ্ধনা থিজিনবা শরুক পুম্নমক মহাক্না খংলবা অচুম্বনা য়ুম্ফম ওইবা ঙাক্লি। ফংলকপা জ্ঞান্না তাশিল্লবা পৃথিবী অসিদা অশেংবা-অচুম্বগী জ্ঞানবু লাকশিনবা ঙমদে, নাকন্দা ইস্বোকতুনা থমই; অসুম্না মরমচাবা প্রমান পীবা ঙমদবা, ভাবনা শাদুনা হায়নরিবা, তাইবং শেম্বা, ঈশ্বরগী মরমদা খন্নরিবা অদুমঙাই। অদুম্নদি ওইরগা চুমই হায়না মীরোন

কয়া খংনরক্লবা জ্ঞান অদুদি লেংদনা অদুম মরৈ, অমরোমদা মদু মশানসু চুমজরবনি; করিগুম্বা পোৎ অমগী মওং তারকপা, হোংলকপনা চুমনগী পোৎ অমা থোকহল্লকপা নত্তনা মসিনা করিদি তৌবা ঙমইবগে? মরম'সিনা অচুম্বগী (চুমলে হায়না খংবা শরুক্কী) ময়াই ওইবা চাংবু লৌনরমইবনি; পোকপদগী চেন্নরকলবা জ্ঞান্না য়ুম্ফম ওইদুনা, মখা তানা থিজিন-হৃমজিনবগী থবক চত্থনরমই।

মশামক্না মায়োক য়াবা ওইরবা বুদ্ধনা, মমাংঙৈদা লৈবাক অসিদা চৎনরম্বা ধর্ম্মবু মশামক্না পুম্নমক ককপদি ঙমদে। মিষ্টর রাইজ ডেভিস্না হায়রমই", হিন্দু অমা ওইনা গৌতম পোক্লমই, চাওরমই, হিংলমই অমসুং শিখি .......। য়াম্না চেৎশিনবা ধর্ম্মগী (হিন্দু ধর্ম্মগী) নিয়ম অমা নত্রগা অতোপ্পা অমদা য়াওদবা অমতা, প্রকৃতিগী বিজ্ঞাননিক ওইবা শরুক্তা অমদি গৌতমগী লোনচৎ-শাজৎকী নিয়মদা য়াওদবা নত্তে; মহাক্না চৎলম্বা লমচৎ শাজৎকা অঙনবা অমসুং অথেংবদা থোরকপা হিন্দুগী লাইরিকশিংদা য়াওরিবদুগা য়াম্না চান্নে। গৌতম্না পুথোকপা ধর্ম্মগী হৌরকফম অসি মহাক্না ফংলকপা, চাওথোকহল্লকপা, মশানা লেমজফম ওইহনবা অমদি নিয়ম নাই হায়না মী পুম্নমক্না হান্না হায়নরিবা শোন্‌রিবা অসিদা য়াওরবনি। খ্বাইদগী মীকোক থোংবা হিন্দু জ্ঞানশিং অয়াম্বনা অচুম্বনি, অচুম্বা নিয়ম্নি হায়না য়ান্নরবা অদুমক মহাক্না মরমচাবা ব্রাখলগী পলেপফম ওইনা খন্দুনা চথরমলবা ঙাক্লি। মরুওইনা কা-হেন্না মথব্রাই য়াওশিনবা মীওইবশিংগী মফমদা থৌজান হৈবা উৎপা অসিদা মহাক্না অতৈ ধর্ম্মপ্রচার তৌবশিংগা খেৎনৈ। *

অদুম ওইনমক মতম অদুগী ধর্ম্মগা মরী লৈনবা ধর্ম্ম (ধর্ম্মগা মরী লৈনবা তৌবা থবক) গী মায়োক্তা য়ানিংদবগী মরু বুদ্ধনা হল্লমই। য়ানরমদবা অসি মাগী থিওরী অমসুং ফিলোসোফিবু নত্তে; মবমদি থিওরী ওইনা লেংদনা লৈরিবমখৈ, খন্নবা য়াবা ফিলোসোফিগী শরুক খুদিংমকপু, মশানা, থাজবা ধর্ম্মবু চেৎনা চৎচবা কাংবুগী থাজবনা ঙাক্নৌ ওইনা ঙাকই; তৌইগুম্বসুং সমাজগী পুন্সি অমসুং মী কাংলুপ কাংলুপকী সংস্থান্না মরক খৎলকপা মতমদদি, শৌগৎতে। পীনরকপা মতকী তোঙান তোঙানবা শরুকপু য়াবা মতমদা হান্না লৈরম্বা নিয়ম অসি কোমথোরকই, ব্রাখলগী শরুক মখৈ শেমদোক শেমজিন তৌবা য়াই; তৌইগুম্বসুং থবক ওইনা তৌবা মতমদদি করিমতা হোংবা য়াদে, লেংদনা লৈ অদুগা থবক্কা চান্নরক্তবা শরুকপুদি ঙাকপা শৌগৎপা য়াদে। মরমসিনা বুদ্ধ ধর্ম্মনা হান্না লৈরম্বা ধর্ম্মদগী তোঙান্না খরা মখৈ তাবা তারবনি, বুদ্ধনা শিপ্রবা তুংদা অনিগী মরক্তা লৈবা মরি অসি লাওথোকপা হৌখি।

ইহান হান্না চৎলম্বা বুদ্ধ ধর্ম্মনা মমি শাস্লকবদা, মতমদুগী ধর্ম্মবু, হিলায়ানা মিংথোল্লগা মহায়ানা কৌবা অতোপ্পা (মখলগী) বুদ্ধ ধর্ম্মনা মকোক লিংখৎলক্লমই। মহায়ানাগী মতুং ইন্না বুদ্ধবু লাইবকনি লৌদুনা (লাই ওইহন্দুনা) ইরাৎ পূজা তৌরমই। গ্রীক্কী অব্রাং-নোংচুপ থংবা শরুক্তগী বুদ্ধগী মূর্ত্তি থোরকলমই।মতম অসিদা ভারত্তা ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম লোয়ননা সংস্কৃতকী জ্ঞান শিথকবদগী অমুক হিংগৎলক্লমই। হিনায়ানগা মহারানগা অনিগী মরক্তা মত থিনা খেৎনরমই; তুংদা ইনরকপা ইতিহাসতা অনিসিগী মরমদা অফ-ফত্ত মত কয়া হাপ্পরমই লোয়ননা ডিবেৎসু তৌনরমই। হিনায়ানা চৎপা লৈবাকশিংনা (লঙকা, বর্ম্মা, শ্যাম) মহায়ানা চৎপা লৈবাকশিংবু (চীনা, জপান) হন্দুনা মিৎয়েংদা লুরাক্লনা য়েংলমই; ঐহাক্না নিংবদি, সম্প্রদায় অনি অসি অমনা অমবু উৎশিৎ-থওইনরমদে।

ইহান হান্না চৎলম্বা ধর্ম্মগী অশেংবা নিয়ম, নিহায়ানা চেকশিন্না ঙাক্না চৎলমই; নিয়মশিং অদু পালিদা শৈরেং ওইনা ইথোকলমই; মহায়ানা নিয়মশিং অদু য়ানিংদবা উত্তুনা লৈবাক খুদিংনা পান্নবা মওংদা শেমদোক্লগা মাইকৈ মরিদা শন্দোকখিরমই। ভারত্তা খ্বাইনা পান্নবা ধর্ম্ম ওইখি। চীনা, জপান অমসুং তিব্বেত্তা ধর্ম্ম অসি খজিক হেন্দোক্লা চৎখি। আত্মা-লৈফমগী মরমদা বুদ্ধনা লৌরম্বা, মিৎনা খোংনা উবা প্রকৃতিগী ব্রাংমদা জ্ঞান্না লাম্বা ফংদবা শরুকপু, মমাংথানা লৈরম্বা অফাওবা বুদ্ধ-পণ্ডিত খরনা, য়ানিংদবা মত ফোংদোকখি, মমৈদা করিমতা য়াখিদ্রে। জ্ঞান লৈবদা, মমিং চৎলবা, ময়াদা মৈ হৌরবা, মীশিংগী চাওরবা সভাদা, ভারত্তা নগরজুন্না খ্বাইদগী হেন্না জ্ঞান লৈবা নিপা অমা ওইনা তোমথিন ফাওনা থোরকখি। খৃষ্টাব্দনা হৌগৎলকলবদা, কনিসক্না নিংথৌ ওইদুনা পালিঙৈদা মহাক (নগাবজুন) লৈরমই। মহায়ানাগী ধর্ম্ম-নিয়ম শেম্লকইবশিংগী দায়ীত্বদি মরুওইনা মহাক্লি। মহাক্কী ব্রাখলগী শক্তি অমসুং মথৌনা থাগৎনিংঙাইনি; মীনা পান্নদবা নুঙাইরোইদবা ব্রারেপ তাবদা

মহাক্না ফীবা নাচুংবা করিমতা লৈরমদে। য়াম্না ইংনা, মরমচানা, মরৈ তৌদুনা মহাক্না তকশিল্লকপনা, মমৈদা, মহাক্না হান্না থাজরম্বা অদুফাওবা, য়ানিংদবা উত্তুনা মহাক্না ওম্না মমাইপাক্না চত্থরমই। ৱাখলনা ৱাখল মশাবু খংবা ঙমদে, খন্দুনা ঙম্বা ঙমখৈগী ৱাংমদা চৎপা ঙমদে নত্রগা অতোপ্পা অমবুসু খংবা ঙমদে। জগৎকী লেংলি-পাল্লিবা অসিগা লাপ্পা ঈশ্বর লৈতে; ঈশ্বরগা মরী তৎনবা, লেংলি পাল্লিবা জগৎ, লৈবা তৌনদে; অনিমক্কী চপ মান্নবা শক্তম লৈ। করিগুম্বা অমতা খাক্তনা পুমলোই লোয়শিন্দ্রিবা ফাওবা মহাক্না চৈথে; (মাঙোন্দদি) অচুম্বা অমসুং অরানবা অনিগী খেৎনবা লৈতে; খংবা য়াবা, লান্না খংবা য়াবা, পোৎ লৈতে, মরমদি ওইদবা লৈতবা পোৎপু কনানা লান্না খংগদৌরিবনো? অরেপ্পা, লেংদবা করিসু লৈতে। পৃথিবীদা লৈরিবসি পৃকতিগী লৈজরিবা শরুক্তনি; মসি মতৌ তম্নফম ওইবা গুণগী শক্তম ঙাক্কি, অমগা অমগা মরী লৈনবা, ঐখোয়না জ্ঞান তানা ফজনা তাকপা ঙমদবা শরুক নত্তনা লৈনরিবা মরী, অমসুং গুণগী শক্তমতবুনি ঐখোয়না থাজনরিবসি। ময়াম্না খংনরিবা শরুক্কী মরুমদা লৈবা, পোৎ খরদা মহাকনা থিন্দুনা তাকলি-থোয়দোকহেন্দোকপা গুণ-ঐখোয়না খন্দুনা ঙম্বা শক্তিগী ৱাংমদা ৱাখলনা লাম্বা ফংদ্রবা গুণ; অদুন্নদি ওইরগা ঐখোয়না খন্নরিবা, মথং মনাও নায়না খন্দনরিবা শরুক্না মসিগদি মরী লেংদনা লৈরি।*

ইউঃ এসঃ এমঃ আর গী একাডেমি ওফ সাইন্সকী প্রোফেসার শেচর্বাসককীনা (stcherbatshy) ইবা মাগী লাইরিক ডি কোন্সেপসন ওফ বুদ্ধিষ্ট নির্বান" (লেনিন গ্রেড ১৯২৯) তা মহাক্না অসুম্না ফোংদোকই, মদুদি মীওইবগী মরক্তা লৈরিবা অচৌবা ফিলোসোফরশিংগী মনুংদা নগজুনবু য়াওহনগদবনি। নুংঙাইবা লোয়বা লৈতবা, মথৌনা ইফত ফবা, খ্বাইদগী থোয়দোক হেন্দোকপা, করিগুম্বদা মাগী খয়াত্তা হেক মতাবা মহাক্কী অঙকপা লম্নবু প্রোফেসারসিনা পল্লি। নগবগুনগী ৱাখলবু ব্রেডলি অমসুং হিকেনগীগা মহাক্না চাংতমই। অচৎ-চত্ত-পোৎ ১সুং গুণ, লৈনরীবা মরী, অহাংবা অমসুং মতম, অহোংবা নায়বা অমসুং নায়হনবা, লেংবা, পৃথিবী মশামক-অসিনর্চিংবা নিতিগী ওইনা য়োকইবা অচৎ-চৎত্ত-পৃথিবীনচিংবগী মবমদা খ্বাইনা খন্নরিবা ৱাখলবু মিষ্টর ব্রেডলিনা য়ানিংদবা ফোংদোকপগা, নগরজুনগী গেগোটিভিজমগা অনিসিগী মান্না অসি খংজিনবদা কান্ননিংঙাইনি। ভারত্তা চৎনলোন য়েংউরগদি ব্রেহলিবু হৈশিংবা মধ্যামিকা অমগুম লৌবা য়াই। মান্নরিবা অসিগী মথক্তা হিগেলগী লোজিক ওইবা ৱাঙাংগা নগরজুনগী অনিগী নকশিন্নয়া মান্নববু ঐখোয়না উবা ফংই।

বৌধৰ্ম্মগী মরমদা নৈনবা ফিলোসোফীগা, হৌজিক মতমগী বিজ্ঞানগী মিৎয়েংগা হায়বদি মকওইনা মতম অমদা লৈব্বা হৌজিক্তি লৈত্রবা ফিজিক্কী নিয়ম মতুংইন্না জগৎ, অসিগী তং-তাবা ফীবমগী ৱাখলগা মান্ন-মান্নবা শরুকপু শেংনা থিন্দুনা তাকলি। মহাকনা তাবদা নুংঙাইবা ৱারী অমা ইরমই। ইউঃ এসঃ এমঃ আরঃ দা লৈবা ত্রান্স বাইকানিয়গী মনুংচনবা নৌনা রিপব্লিক ওইখিবা বারয়েৎতা লৈবা লাইরিক-লাইশু য়াম্না হৈবা শক্তি পায়বশিংনা ধৰ্ম্মগী ওন্নতৈনবা পাওজেন অমা চেপ্পোকলমই; মতমদুগী বিজ্ঞান্না জগৎ অসিদা লৈবা মিৎনা উবা শরুক্তমক খন্ন-লৌনরমই হায়না মখোয়না কনশিন্না হায়রমই। হায়রিবা লৈবাক অদুদা লৈবা মহায়ানা চৎপা বৌদ্ধ লম্ভোইবশিংনা লাইরিক মচা মচা ইদুনা ফোংলমই। মেটেরিএলিজম মখোয়না খংদবা নত্তে অদুগা তশেংনমক মখোয়গী স্কুলশিং অমনা মেটরিএলিজমগী নিয়ম কয়া'মা পুথোকলে হায়না লাইরিক মচা অদুদা ফোংলমই।

** তিব্বেতান্নচিংবা লোন কয়াদা ইবা তোঙান তোঙানবা লাইরিক কয়া মশামক্না পাদুনা বিষয় অসিদা মনুং থিংনা খংলবা প্রোফেসার শ্চের্বাস্কীনা হায় মাদুদি শূন্যতানা পুম্নমকপু মরী লৈনহল্লি। পোৎ খুদিংমক অমগা অমগা মরী লৈনবনা, অমনা অমদা তেংবাংনবনা, মশা মশাগী মনিংতম্বদি শুকঙম ঙমদে। মরম অসিনা মসি শূন্যগি অমরোমদা প্রকৃতিনা তারবা পৃথিবীগী ৱাংমদা করিগুম্বা পোৎ অমা লৈরি; মাদুদা মশা নত্তনা করিমতা য়াওদে মদুদি-থোয়দোক হেন্দোকপা গুনি হায়না খন্নরিবসি। পৃথিবীগী লেংলি পাল্লিবা অমদি পৃথিবীদা লৈরিবা পোৎ অমগুম্না মশক শক্তম নাইনা খংবা অমদি ফোংদোকপা ঙমদে। মরমসিনা মাদুবু 'তথাত' (মাদুগুম্বা অসিগুম্বা) হায়না হায়নৈ। অসিবু অমুক শূন্যতা হায়না কৌনরি।

মসি বসুবন্ধুগী অভিধৰ্ম্মকেদা য়াওরি; মমাংঙৈদা চৎনরম্বা চৎনরোন অমদি খন্নরম্বা ৱাখল মমৈ খোমজিন্দুনা খৃঃ চা-মঙা হৌরকপদা ইরম্বা কোকনি। সংস্কৃত্তা অহানবা ইরম্বা অদুদি মাংপ্রে। অদুগা তিব্বেৎ অমসুং চীনা লোন্দা ইথোকলম্বা

অদুদি লৈরি। চীনা লোন্দা ইদুনা লৈরিবা অসিদি ভারত্তা তীর্থ চৎপা ওইনা লাক্লম্বা হিউমেন-শাংনা ইরম্বনি। চীনা লোন্দা হন্দোক্লম্বা অদু ফ্রান্স লোন্দা অমুক ইথোকখি। (পেরিস লোড়িয়ন ১৯২৬) ঐহাক্কা জেন্দা লৈমিন্নবা ঐগী মরূপ অচার্য্যা নরেন্দ্র ফেবনা ফ্রেন্স লোন্দগী লাইরিক অসি হিন্দি অমসুং ইংলিসতা হন্দোক্লমই; মতাং অসি ঐঙোন্দা মহাক্না হায়রম্বনি। মতাং অসি অহুমশুবা পন্দুপতা য়াওরি।

বৌদ্ধ ফিলোসোফীনা থোয়দোক হেন্দোকপা গুণবু শূন্যনি হায়না লৌই; শূন্য হায়বদি করি য়াওদবা হায়বনি (জিরোবু শূন্য হায়না খংনৈ); করিসু লৈতবা হায়বদি অহাংবগী ৱাখলগা মসিগা (শূন্যগা) য়াম্না খেৎনৈ। * ঐখোয়গী ৱাখল ঙাক্তগী ওইবা সংসার অসিদা, মসিবু ঐখোয়না করিসু লৈতবা হায়না কৌই; মরমদি মসিবু নিংথিনা ফোংদোকপা ঙম্বা চপ-চাবা ৱাহৈ লৈতে; অদুবু মেটাফিজিক্সকী লোন্দদি অচৎ-চত্তা পোৎ-খুদিংদা লেংদনা লৈবা, অমদগী অমদা হোংদোক হোংজিন তৌবা শরূকপু খংনৈ। পণ্ডিত অমনা হায়, পোৎ খুদিংমক্তা, মানা মানা ওইবা য়াবা পোৎ ওইরিবসি শূন্যত্য লৈবননি; মশি করিগুম্বা লৈবমদ্রবদি পৃথিবী অসিদা করিগুম্বা অমতা লৈরমলোয়দবনি।

মেতাফিজিক্স তাকলিবা পুম্বা, মসিনা উৎলি। মসিগী ৱাখলগী মতাংদা বুদ্ধনা মাংজৌননা চেকশিন্নবা হায়রমলিবসি কয়া শিংথ্রবনো। অদুবু মীওইবগী ৱাখলনা মসিবু থিজন্দনা লৈথোক্লমদে, খংবা ঙম্নরোই হায়না নিংথিনা খংনা খংনা অসিগুম্বা জ্ঞানগী মঁহে ফংননবা মীওইবনা লেপ্তুনা চংখবি। মোতাফিজিক্সনা বুদ্ধগী ফিলোসোফিবু মপুংফাহল্লমই; অদুম্নদি ওইরগা মসিগী মরমদা খন্দুবিবা নিয়ম্না সাইকোলোজিগী ফীজি য়াম্নদুনা চৎথরি। জ্ঞান লৈবশিংগী সাইকোলোজিদা অসিগুম্বা উবা ফংদ্রবা পোৎ অমা হেক ফংবা হায়বসিবু অঙকপানি। হৌজিক মতমগী সাইকোলোজিগী ভাবতা ফাওবা মওং অসিবু উনরবনি অমদি খন্নরবনি। লিরবা লাইরিকশিংগী মনুংদা লাইরিক অমদা য়াওবা খ্বাইদগী ইতোপ তোপ্পা মতাং অসি ঐঙোন্দা উৎথ্রবনি। থিরিবা খুৎথিনা খেৎনরবসু ওডিপসকী (Oedipus) ময়ান তুয়ান ওইবা ঠিউরি মওংদা কনাগুম্নসু মসিনা মখলহনগনি।

বুদ্ধ ধর্ম্মগী মনুংদা মপুংফানা ফিলোসোফিগী স্কুল মরিখক থোরকলমই; অনি অমনা হিনায়ানা ওইনা তৌই। বুদ্ধ ধর্ম্মগী নিয়ম মখাদা লৈরিবা ফীলোসোফি অসি উপনিষদশিংদগী হৌরকপা ঙাক্লি অদুম্নদি ওইরগা বেদগী অচুম্ববুদি য়াদে। বেদবু য়াদবশিংনা মরম ওইদুনা, মতম অদুদা চপমান্না চাওখৎমিন্নবা হিন্দু-ফিলোসোফীগা, বুদ্ধ ফিলোসোফীগা তোঙান তানরিবনি। হিন্দু ফিলোসোফিনা বেদবু য়াদবা বেদবু লুনা তৌই; হৌনবী কায়দনা ইকাইখুমনৈ, লেংদ্রবনি হায়না লৌই, মখোয়না পুনিংবা মওংদা নিয়ম কায়দনা চংথৈ। বেদগা উপনিষদশিংগা অনিনা চপ মান্নবা খোল্লাওনা লাওবনা তুংদা হৌরকফম জ্ঞানিশিংনা মতম পুম্বদা মাইকৈ অমা নত্রগা অমদা চখরবদা লাইনা থোকই লোয়ননা য়ুম্ফম অমতদা তোঙানবা নিয়ম কয়া পুথোকপা ঙমই।

স্কুল মবিদা খন্নবা মতুংইন্না প্রোফেসার রাইক্রকন্না বৌদ্ধগী পুরিবা ৱাখলগী অচুম্বা শাজৎপু ফোংদোকই। পোৎকী লৈজবা গুণগুম মেটাফিজিক্সকী অনিথোক্লা লোংবা ৱাখলগা লোয়ননা য়েংশিন্দুনা খন্দুনা ৱাখলনা লমজিংবা হৌই। মখাতারকপা তাংকক্তা ফীদমফম্না লম্বী (ময়াই থোকপা) ওইদুনা অচুম্ববু থিজিনবা হৌই অসুম্না ৱাখল অমসুং পোৎকী মরক্তা মরক খায়না ফীজং অমা খল্লি। তাংকক অনি'মনা হিনায়মাগী স্কুলগী মহুৎ শিল্লি। মহায়ানানা মখা শাংথনা চথখিদুনা মৃত্তিগী মতুংইন্না লৈবা পোৎপু য়াদে; মখোয়গী মপুক্লিংদা লৈরিবা, তান্নবদা ফংইবা জ্ঞানবু মথং মনাও কায়দনা লৈরিবা ফীদমফমলোমদা ওনশিল্লকই। মথং মথং মরী লৈনরকপা অমদি মচেং ওইনা ফংলকপা জ্ঞানগী মতাং লাকপা হৌই। ইরোই লোয়বা তাংকক্তা, মসিনা কারজুনগী মধ্যামিকা ফিলোসোফী হায়বদি ময়াই ওইবা ৱাখলগী পল্লেপফম ওইরকই – অশেংবা অওইবা ৱাখলগী পলেপফম, ঐখোয়না হায়দোকপা ঙমদবা ৱাখল অমদি মিৎয়েংগী চোয়জায়নরবা মরাচেত্তবা ৱাখলদা ঐখোয়বু তাওহন্দুনা থম্মলগা ঐখোয়গী ৱাখলবু চোয়জায়নহল্লি।

অসুম্না মমৈথংদা ঐখোয়গী রাখল অসি হায়মচংনরকই করিসু ওইরক্তে, হায়বদি শন্দোকনা ভাব তানা হায়বা অমদি পল্লেপফম য়ৌবা ওমদবা তংতাবা ঐখোয়গী রাখলবু লাকশিনবদা লুনা থোকপা মওংদা ঐখোয়না তাওদুনা লৈ। ঐখোয়না হায়গে হায়না হায়রবদা অসিগুম্না পম্থুংফম ওইবা রাখল অসি বিজ্ঞান তৌনবা জ্ঞান মখল অমনি।

উবা ফংদ্রবা অতোপ্পা সংসাবগী রাখল অমদি থোয়দোকপা গুণনা অশেংবা অচুম্বা জ্ঞান ফংহল্লবা সাইকোলোজি অমদি মেটাফিজিক্সী থুগায়দুনা থিরকপদা ফংলকপা পলেপ্ফম য়ৌরবফাওবদা মদুবু হায়দোক্লবা চপচাবা রাহে-রাতা ঐখোয়না শীজিন্নবা ওমদে; অদুগা ঐখোয়গী অচৎ-চত্ত লেংলি-পাল্লিবা সংসারগী চৎনলোনগী লৈনরিবা মরীগীদি মশানা তাবা, চপ চানা মমল লৈ। মবম 'সিনা ঐখোয়গী পুন্সিদা, ঐখোয় মীওইশিং অমগা অমগা লৈনবিবা মবী মতুং ইন্না ঐখোয়না চৎনবোনবু শেম্বা অমসুং ইনবা তাবনি মদুতদা ঐখোয়না নুংঙাইনা পুন্সি লেনবা ওমগনি। অসুম্না লেনবা পুন্সিদা পৃথিবীগী চৎলিবা খোংচৎ তুংইন্না ঐখোয়না অচুম্বা ঙাকপা তায়, জ্ঞান, অমদি তানবদা ফংলকপা জ্ঞান শীজিন্নগদবনি। লৌফম লোয়ফম লৈতবা, হায়নিংবা কৌনীংবা কৌদুনা মিংথোল্লিবা, রাখলনা লাম্না ফংদবা মফম্না তুংনফম ওইবা মদুনা হায়রিবশিং অসিনা চংবা ওমদে।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## তরামাথোইশুবা তাংকক

# হিন্দু ধর্ম্মদা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী শরুক

লিরবা আর্য্য-ধর্ম্মদা বুদ্ধগী পাওতাক্লা করি ফল পুরকপগে অদুগা ভারত্তা খ্বাইনা থাগৎনরকপা করি ওইহনখিবগে ? ধর্ম্ম অমসুং জাত্তিগী পুন্সিগী খোংচত্তা বুদ্ধগী পাওতাকশিনা কল্লবা ১সুং লেংদ্রবা ফল পুরকই হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে। অনৌবা ধর্ম্ম পুথোকপা নিপা অমা ওইনা বুদ্ধনা মশাগী ওইজবা করিমতা খল্লমদবা য়াই; অদুগা হান্না লৈরম্বা ধর্ম্মবু শেমদোকপা ওইনা মশানদি খঞ্জরমই। তৌইশুন্নসুং তোঙানবা মাগী মশাগী মগুণ অমদি শক্তি য়াওরবা মহাক্কী পাওতাক্লা সমাজ অমসুং ধর্ম্মগী থবক্তা শোয়বা লৈতনা অওনবা অমা পুরকপনা মরা চেংনা লৈতাববা পুরোহিতকী থবক্তা মুক্লবদি থোকহল্লি। হান্না লৈরমইবা সমাজগী চৎনবোন অমদি অর্থনিতিগী ফীবম্সু মরা ফুক্তোক্লবা করিমতা হায়বমদে; হৌফম অমদি মুনং মপানগী শরুকপু মহাক্লা য়ারমই, মসিগী মনুংদগী থোকপা ফত্তবা শরুক অদুতবুনি মহাক্লা লাম্থেংলম্বদি। সমাজগী অনৌবা য়াওন পুরক্লবা মহাক্লা ঙম্বা মখে তৌবমই; মসিসু লৈরমইবা সমাজগী থবক-থানাদা খুদোংচাবা লৌবিবা ব্রাহ্মণ কাংবুবু নুংঙাইতবদগীনি (শাওবদগীনি)। পাকচাওনা শন্দোক্লমলবা হিন্দু ধর্ম্মগী ৱাখলগা বুদ্ধগী পাওতাকশিংগা চানদবা অতৈ করিমতা লৈতে। ব্রাহ্মণগী অচাওরম কাবা শরুকপু থুদেকপা মতমদা মওং অমা ওইনা অদুমক উখিবতনি।

ব্রাহ্মণ ধর্ম্মনা মপাঙ্গল শোনবা অৱাং ভাবতকী লম, মগধদা ইহান হান্না বুদ্ধ ধর্ম্মনা মক হুনবা হৌখি। হায়বসি খংজিনবদা নুংঙাইবা পোকই। ধর্ম্ম অসিনা অৱাং অমসুং নোংচুপ মাইকৈদা তত্তনা লেপ্পা লৈতনা শন্দোকলমই; অদুগা ব্রহ্মণ কয়ানা ধর্ম্ম অসি লৌখি। হৌবকপমক্তদা মসি মকওইনা ক্ষেত্রিনা হৌবকলমই অদুগা মীয়াম্সু পান্নবদগী তকশিল্লমই। ব্রাহ্মণশিংগী মতাংদগী থোবকপা ওইনা তৌবমই; মখোয়সু মমৈদা ধর্ম্ম অসি চৎখি; অদুগা ধর্ম্ম অসি ফিলোসোফি অমসুং মেতাফিজিক্সকী মাইকৈদা চাওথোকখি। চাওখৎলকইবসি মরুওইনা বৌদ্ধধর্ম্ম চৎপা ব্রাহ্মণশিংগী মপান্ননি হায়বা য়াই; মখোয়গী মপান্না মহায়ানা কাংবুনা মওং অমদা মকওইবা কেথোলিক্কী লম্নাদা চাওখৎলক্লমই; আর্য্যধর্ম্মগী মতমদুদা লৈবা তোঙানবা মওং অমগুম্না ধর্ম্ম অসিগা মতমদুগী আর্য্যধর্ম্মগা নকশিনবা মরী লৈনরম্মী।

ভাবত্তা লৈবা মীগী পুন্সিবু তৌদবা য়াদবা, মওং য়াম্খে চামাদা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা চিংলমই; মবম অসিদগী চহি লিশিং মা হেন্না চুপ্পা, ভাবত্তা, লৈরকপা অচংবা, নৌনা হোংলকপা, পাক্লা শন্না শন্দোক্লবা ধর্ম্মনি হায়না নিংশিংবা য়াই। মতম শাংনা ভাবত্তা ধর্ম্ম অসিনা মবাই চায়থবক্লবদা, অদুগা মমৈথংদা তোঙানবা ধর্ম্ম ওইনা খন্নরক্লবদা, হিন্দু ধর্ম্মগী শরুক অমা ওইনা, জাতি অমগী ওইনা পুন্সি লেন্নবা নিয়ম অমদি ৱাখল ওইনা ধর্ম্ম অসিগী শরুক অয়াম্বা লৈরমই। মমৈথংদা মীশিংনা ধর্ম্ম অসিবু য়ানিংলক্লবসু, মুৎপা ঙমদ্রবা মমিদি কাওবা য়াদনা তাহৌই, জাতি গী চাওখৎখোংথাংদা চাওরবা শরুক য়ারমই। ধর্ম্মগী নিয়ম, ফিলোসোফিগী ৱাখল অমসুং ধর্ম্মবু থাজবনা, লেংদ্রবা তারিবা মমি অসিদা করিমতা তৌবা ঙল্লমদে। খৃষ্টান ধর্ম্মগী নিয়ম পামদ্রবসু ধর্ম্ম অসিগী চৎনলোনগী ফীদম্লফম ওইবা শরুক্লা ইউরোপ পুম্বদা পামহনবগুম, ইস্লম ধর্ম্মগী মওং অমসুং থাজবনা খুদুম চনবা ঙমদ্রবা মীশিংবু, ইসলাম-ধর্ম্ম-চৎপা কাংবুগী সমাজগী অমদি থবক্কী লমদা মখোয়না থাংজিল্লকপা খোংথাংনা শুপ্পগুম, বুদ্ধ অমসুং মাগী ধর্ম্মনা চৎনরোন, সমাজ অমসুং থবক্কী লমদা মী পুম্নমকপু শুক্ষৎপনা মীওইবগী ৱাখলদা মুৎপা ঙম্নরোইদবা খুদম লেংদনা থনমই।

ভারত্তা লৈবিবা আর্য্যধর্ম্মদি লম'সিদতা চৎপা, মরুওইনা, জাতিগী ধর্ম্মনি ধর্ম্ম 'সিনা শেমগৎ-শাগৎচবা জাত্তি খায়দোকপনা ধর্ম্ম'সিগী ৱাখল ফীরেপপু থোয়না চেৎশিনহল্লি। ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবু লৈতে। অতোপ্পা ধর্ম্মগী মী লৌশিন্দে,

ভারত সিমনাগী ৱাংমদা, ধর্ম্ম 'সি হেন্দোকহন্দে। অতৈ ধর্ম্মদা লুপশিন্দনা মমি শাম্মি ওইনা ধর্ম্ম'সিনা ভারতকী ঙমখৈ মনুংদা হিদুনা অদুম মরৈ; নৌনা থোরকপা হান্না লৈরম্বা ধর্ম্ম কয়ানা ধর্ম্ম 'সিনা শায়দাংলি শায়দাংলমই; অসিদা চংলকপা মী পুম্নমক নৌনা, কাংলুপ খায়রমই। পৃথিৱীগী অতৈ মফমদা চংনরবগা খেংননা চংপনা মতমদুগী মহৌশা ওইরমই; চংথোক চংশিন তৌবসু লুনা থোক্রমই। মপানগী লৈবাকশিংগা মরী লৈনবসু দরকার পংওই ওইরমদে। লল্লোন-ইতিক অতৈ মরমগীদমক মরী লৈনমরই হায়বদা চিংনবা লৈতে; ভারত্তা লেনবা পুন্সি মরেনগা অতৈ লৈবাক্কীগা থোয়না খেংনরমদে। সমুদ্রগুম ইথক ইপোম হৌরবা ভারতবর্ষদা লেল্লিবা পুন্সি অসি লৈবাক অসিদতা লৈশিন্দুনা লৈরমই; সমুদ্রগী লাইজনুংগী তোঙান তোঙানবা ইচেম্না মনিং তৌনা লম্ফাংনা চেনবগুম, চাওনা তোঙান তোঙান খায়দোকপা শরুক্তা মশাবু মশানা থাজবা, মশা-মশাগী জ্ঞান-তুংইন্না, হায়না-হুম্না লম্ফাংনা, চংনরি, ভারতকী ঙমখৈ, ৱাংমদা কনানা করিতৌরিবগে করিমতা নংচুংদনা মশাগী ৱাখল্দা মনাওদা লুপশিল্লি। পাকচাওরবা সমুদ্র ইয়াইদা অনৌবা ইফুং অমা কামথোক্রে; ইফুংসিদগী থোরকপা, অশেংবা লূরবা থরোই মহিগুম, ইরোম্নুং ফাওনা ইরবা, লাইজনা, হান্না ঈমাই নমহংনা থুমহংথ্রে; পৃকৃতি অমদি মীওইবনা শাগৎলম্বা লিরবা লৈপন অমদি সিমনাবু, থৌশাদনা থোরকইবা ইথিন ইরেগা কোম্ননা লাইজনা মথক লান্না চেনবা হৌথ্রে। বুদ্ধগী পাওতাক ইফুংনা ৱাকংলে, জাত্তি অসিদা, অমদি জাত্তি কয়াদা। জগৎ-পুম্বগী ওইবা ৱাকংনি, নুংঙাইনা পুন্সি লেন্না, সম্প্রদায়, কাংলুপ খায়না চৈখল্ কয়াবু মসিনা তেল্লমই।

বুদ্ধগী মতমদা, লৈরম্বা ভারতকী, ৱারিননিংঙাই ওইবা খোংজংনি মসি। মীরৈবাক্তা ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবক পায়খৎপগা লোয়ননা, ধর্ম্ম-শন্দোকপা মী কয়াবুসু থাদুনা চাওনা থবক, অহানবা নিপাদি অশোক্লি। পৃথিবী পুম্বা মমিং মনা শিংহন্নবা থবক ভারতনা পায়খৎলমই; খৃষ্টাব্দনা অহানবা হৌরকপা মতমদা, থৌদোক অসিত্না পাকচাওরবা লোয়লম শেমগৎ শন্দোকপা থবক পায়খৎলমই। সমুদ্র কয়া লান্না লান্দারম্মী হিন্দু নিংথৌশিংগা, লোয়ননা শন্দোক্লমই-মখোয়না, কোয়ন পুদুনা, ব্রাহ্মণ-ধর্ম্ম অমসুং আর্য্য-কলচর। কাংলুপ কয়ানা মশা মশানা য়াননা তপ্প-তপ্পা কাংলুপ-সম্প্রদায় শেমগৎপা মশাগী ওইবা ধর্ম্ম কলচর খ্বাইদগী থোয়দোক হেন্দোকপা মওংদা চাওখৎ-খোংথাং থাংজিল্লমই। অৱাংকন্না লাইনিংওইবা হান্না লৈরম্বা হৌরকফম্বু খরমখৈ হোংদোকপা শক্তমন মসি থোকহলমই। অসুম্না তানশিন-তাকশিনবা অসি মৱম কয়াদগী থোরকখি; লল্লোনবদা নম্না ইনবা, সমাজ চাওথোকহনবগী কান্নবনা, মরুওইবা মরমনি; থৌদোকসিনা থোকহনবা মীরৈবাক্কা মরী লৈনহনবা অমদি নৌনা থোবকপা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা শরুক য়ানা অহোংবা অচৌবসি থোকহল্লমই। হিন্দু ধর্ম্মনা শক্লোন কয়া পুরকপা, মতম অমতদা মপাঙ্গল থোক্লা শীজিন্নরকপা অসি হান্নদি মীরৈবাক্তা মীতাবা তৌরমদে। অরাপ্পা মীরৈবাক তান্না অসিগুম্বা মপাঙ্গল-শক্তিনা কন্না চেনশিনবদা থৌগৎপা অনৌবা ধর্ম্মনা (বৌদ্ধ ধর্ম্ম) পৃথিবীগী ধর্ম্ম অমা ওইনা ঙমহনবগী ফল ফংখি।

বেদগা মরী লৈনবা আর্চ্চা-পূজা, উসব-মেলা লোয়ননা ধর্মজর্মগী মীয়াম্না হান্না পাম্নরম্বা মওং মাংখিরমই; মরুওইনা শা-ঙা বল্লি তৌবা মুংখি। বেদ অমসুং উপনিষদশিংদা হান্ননা য়াওরমলবা অহিংসাগী ৱাখল্বুদি অমুক হেন্না কন্না মরা চেংশিলহল্লমই বুদ্ধধর্ম্মনা, মদুদগী অমুক হেন্না জৈন ধর্ম্মনা কনশিন্না চংলমই। পুন্সিগী অনৌবা কীজোন হোংলমই; শা-ঙাদা নুংশিবা থৌজান উংলমই। মসি পূম্নমক্কী মথক্তা নুংঙাইনবা পুন্সি লেন্নবা হেন্না ৱাংবা থাক্তা পুন্সিবু পুখংনবা হোংনরমই।

য়াম্না কা-হেন্না কনবা, লাইনিংবগী তপ তপশ্যানা পুরকপা, লমচং-শাজংকী ফল মহৈ বুদ্ধনা য়ারমদে। মহাক্কী পাওতাক্কী মরুওইবদি, মীওইবগী পুন্সিনা ওইবা য়াবা অৱা-অনং অমদি ফত্তবা শরুক্তমক খনবশিংগী মনুংদা, অমনি। মসি হিনায়নাগী মরুওইবা ৱাখলনি; জৈন ধর্ম্মদগীসু হেন্না কনশিল্লি। অতোপ্পা সংসারসু কন্না থাজবা, নিংতম্বা অমসুং মনিংমথা তম্ববু পামশিনবা, পৃথিৱীগী অৱাবা শরুক্তগী শন্দোকপা, অসিনচিংবা ৱাখল অমসু লৈরমই। কাম লাকশিনববু থৌগৎলমই; শা-ঙা চাদবা মশীং হেনগৎলমই। ৱাখল অসিমক বুদ্ধগী মমাংদা, ভারত্তা চংনরমই, অদুম্নদি ওইরগা তকশিন্নবা মওংদি অমগা অমগা মান্নরমদে। লিরবা আর্য্যগী ফীদম্নফম ওইবা শরুকপু হেন্না কনশিলহনবনা পুন্সিবু মপুংফাহল্লমই, চাং অমদা

থমলমই। ইন্দ্রি খুদুমচনবা, থকসি-খাসি নায়না চৎপনা, ছাত্র ওইবা চহি-তাংকক্কী মশিন্নি; পুন্সি-লানফমদা খোংদাবা লোয়ননা, য়ুমপানবা য়ুম্বানবা চহি তাংকক্কী মথৌনি। মতুংদা লাকই থংননা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা, প্রজাগী সেবাদা মপুক্লিং চংবা, মশাগী চাওখৎখোংথাংগী শরুক। চহি অহল্ ওইরকলবদা সন্যাসী ওইবা, পুন্সিগী থৌদাং থাদুনা তৌফম থোকপা থবক থাদোকপা পুন্সিগী অরোইবা তাংকক লাক্লমই।

মমাংঙৈ-মতমদা মুনি-ঋষি ওইনা পুন্সি লেনবা মীওই কাংবু খরনা বন-জঙ্গলদা লৈরমই, মহৌশানা ছাত্রশিংগী চংজফম শিন্দমফম ওইরমই। বুদ্ধ ধর্ম্ম থোরকপগা লোয়ননা বৌদ্ধ লম্বোইবশিংগী চাওরবা লৈফম শগু, অমদি বৌদ্ধ লম্বোইবীশিংগী লৈফম দোলান কয়া অমা শাগৎলকই। মীয়াম্না চাং-নায়না মফমশিং অসি তম্না চেনশিন্নরকলম্মী। ঙসি বিহার কৌরিবা প্রদেশ-অসিগী মমিং অসিমক বিহার হায়বদি লম্বোইবশিংগী লৈফম্না থন্না লৈরবা চাওরবা লম-লাইনিংফম হায়বা অসিদগী থোকরপনি। বৌদ্ধ লম্বোইবগী অসিগুম্বা লৈফম অসি মহে-মশিন তম্বগী হৌফম্নি, স্কুল করিগুম্বদা বিশ্ববিদ্যালয়শিংগী লৈফমনি।

ভারত্ত নত্তনা এশিয়া শিনবা থুংনা বৌদ্ধ লম্বোইবা লম্বোইবীশিংগী লৈফম য়াম্না লৈরমই। বালম্বদা লম্বোইবা লিশিং অমা লৈবা য়াবা অফাওবা দলান অমা লৈরমই; মদুগী মরমদা ঐখোয়গী রেকোর্ড য়াম্না লৈ। লৈফম অসিবু নব-বিহাবা কৌই; পার্শিয়ান লোন্দা নুবহার হায়।

মতম শাংনা চাওখৎলম্বা, চীনা, জপান অমসুং স্তানচিংবা অতৈ লৈবাক্তগী হেন্না ভারত্তা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা অতোপ্পা পৃথিবী অমগী নাওংগুম চাওখৎপনা, হেনগৎপা নায়রমইবসি কবিননো ? মসি ঐ খংবা ঙমদে অদুম্নদি ওইবগা ঐহাক্না খনবদি ধর্ম্ম মশাগী মওং মতুংইন্না, ধর্ম্মগী ওইবা য়াবা, মওং তাহনবা ঙম্বা, লৈবাক খুদিংগী মপাঙ্গল্ মফমদুদা লৈবিবা জাত্তি খুদিংনা ওইবননি। খুদম ওইনা হায়ববদা কনফুসিওন্স অমসুং লাও-জে অমদি অতৈ ফিলোসোফারশিংনা হায়বম্বা ইবম্বা মপাঙ্গল্ লৈববা থাজবা, চীনাগী লৈবমই। মতুংদা হিনায়ানদগী হেন্না, ধর্ম্মগী নিয়মদা অফবা শককমক য়েংনা চৎপা, মহায়ানা কৌবা বুদ্ধ ধর্ম্মগী মশা, চীনা অমসুং জপান্দা অমুক হন্না চৎলমই। জৈন ধর্ম্মনা ভারত খুদুম চল্লমই; ধর্ম্ম অসিনা অতোপ্পা সংসার (মপোক) কী মরমদা খ্বাইদগী ৱাংনা লৈনমরই; ধর্ম্মগী নিয়ম অমদি ফিলোসোফি অয়াম্ববু য়াবমদে।

ভারত্তা, বৌদ্ধ-ধর্ম্মগী য়াম্না ঙকপা ইথিন অমা লোয়ননা সমাজদা অওনবা অমা থোরকলমই; মদু বৌদ্ধ ধর্ম্মগী শক্তমগী তায়ওন্নবনি।মসি সম্প্রদায় খায়বগী মরীদনি; সম্প্রদায় খায়দোকপগী হৌরকফম ওইবা শরুকপু ধর্ম্ম অসিনা খরমথৈ য়ারবসু মসিমক ধর্ম্ম অসিনা য়ানিংলমদে। বুদ্ধগী মতমদা সম্প্রদায় খায়দোকপসি থোয়না কনশিল্লমদে; মতুংদসু কনশনবগী চাংচৎ অদু হেনগৎলমদে। পোকপদা চেন্নরকপগী মহুত্তা মী অমগী লৈজবা শক্তি, লমচৎ-শাজৎ অমসুং মথৌনানা হেন্না মরুওইনা লৌবমই। ব্রহ্মণ হায়বসে তৌবা ঙম্বা মগুণ্ চেনবা, খংনিংদুনা কন্না তানশিনবা, থকসি-খাসি নায়বা মীবুনি হায়বা মওংদা বুদ্ধনা লৌরমই। ঋন্দবগ- উপনিষদ্তা মসিগী মতাংদা খ্বাইনা খংনরবা ৱারী ইরি; সম্প্রদায় অমসুং নিপা-নিপীগী লৈনবা মরীগী মতাংদা ৱারী অসিনা উৎলি।

মসি মত্যকাম অমসুং মহাক্কী মমা থবলাগী ৱাবীনি। মত্যকামনা গৌতম মুণিগী (বুদ্ধবু নত্তে) শিষ্য ওইনিংলমই; মহাকনা ময়ুমদগী চৎলমদায়দা মমাংদা মানা হংলমই; "ঐহাক করি গোত্রনো?" (য়েক-শাগৈ)? মমানা মঙোন্দা হায়রমই: "নহাক করি গোত্রনো হায়বা ইমাদি খংদে, ইবুংঙো। ঐহাক্না লৈশারিঙৈদা মীনাই ওইনা ঐহাক কোয়চৎ চৎলমই (ঐহাক্কী ইপাগী ময়ুমদা অতিথী কয়াগী সেবা তৌরমই মতমদুদা নহাকপু ঐনা মীরোনখি। নহাক্কী গোত্র করিনো হায়বা ঐহাক খংদে। ঐহাক্কী ইমিং থবলা কৌই; নহাক্কীনা মত্যকাম কৌই। নহাক অসি সত্যকাম থবলানি হায়য়ু (হায়বদি থবলাগী মচানিপা সত্যকামনি হায়য়ু)।

সত্যকামনা গৌতমগী মনাক তান্না চৎপ্রে; মুণিনা মহাক্কী গোত্র হংলমই। মমানা তাকপীরকপা অদুমক মহাক্না হায়রমই। মদু তাবদা মুনিনা হায়রম্মী ; "অশেংবা ব্রহ্মণ নত্তবা কনা'মতনা মাদুম হায়রোই। চৎলু, মরূপ, শীং লৌরু। নংবু ঐনা দীক্ষা পীগনি। অচুম্বদগী খুঁবৈনাম লেংদ্রি।"

বৌদ্ধ হৌরকপা মতমদা ব্রাহ্মণশিংদি শোন্নবসু কল্লবসু চেৎশিনবা  সম্প্রদায় ওইনা লৈরমই। ক্ষেত্রি অমদি নিংথৌ ওইবা কাংবুনা মখোয়গী সম্প্রদায়-গোত্র-য়েক-শলাই য়েংনা চাওথোরকচরমই। নিংথৌগী শাগে অমদি নিংথৌশিংগা তোৎন-তিন্নবা থোং লাওনা হাংদোক্নুনা থনমই লৈহৌরিবা মীশিংগী মবুংদা অয়াম্বনা বৈশ্য, লৌউ-শিংউবা কৌবদা-ব্যবহার ফজবা কাংবু ওইরমই। শিনফমগী মতুংইনবা কাংবু অমসু লৈরমই। মখোয় ময়াম্না খৎনরবা শোক্লপন্নবা য়াদবা, অতোনবা জাৎকী মীশিংনি; মশীংবু পংয়াম য়াম্লমদে; মখোয় খরনা বন-জঙ্গলদা লৈরমই; শীংজনবা, অশিবা মী-পোৎলোয়বনচিংবা থবক তৌরমই।

জৈন অমসুং বৌদ্ধ  কন্না ঙাকচবা  অহিংসানা লৌ-উববু য়াম্না হন্থবা থবক্লি হায়না খলহল্লমই; মরমদি  মসিনা জীবশিংগী (শা-ঙাগী) মথৱাই তোয়না মাংহল্লমই। ভারত্তা লৈবা আর্য্যশিংগী চাওথোকচফম ওইরবা থবক অসি, লৈবাক অসিগী মফমখরদা হন্থনা য়েংলমই, মসি তৌদবা য়াদ্রবা কান্নরবা থবক ওইরবসু, লৌ-উবা মীশিংবু (লৌমীবু) অচৌবা হায়রবা সমাজদা য়াম্না তোন্থনা থমলমই।

পুরোহিতকী থবক ১সুং আর্য্য-পূজা তৌবগী মায়োকতা থোরকপা, মীওইবশিংবু হন্থনা য়েংদুনা মখোয়বু চাওখৎখোংথাংগী খুদোংচাবা পুন্নমক ফংহন্দবা, অমদি হেন্না ৱাংবা পুন্সি লেলহন্দবগী মায়োক্তা, থোরকপা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা ভাব ইতাতাদনা লৌবুক্তা লৌ খোয়রিবা অসুক য়াম্বা মীশিংবু য়াম্না হন্থনা লৌরমই। মসিপুম্বগী দায়ি বৌদ্ধধর্ম্মদা শিজিনবসু লাম্না থোক্কনি; মরমদি মসিনা কদায়দসু করিসু ওইহন্দে। সম্প্রদায় খায়বগী, মতাংদা, মসিনা চথরকলিবা মাইকৈদা কবিগুম্বা খবর্দি মীবোন কয়াদা  কায়দনা চথবমই। অহিংসানা মকওইনা, ইল্লবসু জৈন ধর্ম্মনা মাইকৈ অসোমদা কন্না তকখায়বমই; বৌদ্ধ ধর্ম্মসু হৈনিংদবা তকখায়বসিবু মতেং পাংলমই।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## তরানিথোইশুবা তাংকক

# ভারত্তা করম্না বুদ্ধ ধর্ম্মনা হিন্দু ধর্ম্মদা তিনখিবগে (লুপখিবগে)

চহি নিপান মাপলগী মমাংদা ঐহাক্না পেরিসতা লৈরিঙেদা, এন্দর মালরোক্লনা, ইবনি অহানবা ৱারী শাবা হেক হৌগৎপদা, য়াম্না ঙকপা ৱাহং অমা ঐঙোন্দা হংলমই। খংনচৈনবা তৌদনা চহি লিশিং অমগী মমাংদা হিন্দু ধর্ম্মনা, নিংথিনা শেমগৎলবা বৌদ্ধধর্ম্মবু, ভারত্তগী তাম্থোরকপা ঙমহনম্রিবসি করম্না তৌরিবনো ? অসুক য়াম্না লৈবাক্কী ইতিহাসপু মশক থীহনখিবা মহৌশানা থোক্কনবা ধর্ম্মযুগ কয়াগুম শুকথোক থোকহন্দনা পাক্না হায়া মীওইবনা পাম্না লৌনরবা অসুক চাওবা ধর্ম্মবু চুপশিনবদা হিন্দুধর্ম্মনা মহৈয়ানম্রিবা অসি করম্না থোকম্রিবনো ? হিন্দু ধর্ম্ম মমিং লৈরবা থৌনা ফবগী থবক পাংথোকপা ঙমম্রিবসি হিন্দু ধর্ম্মগী করম্বা মপাঙ্গল-মথৌনা লৈবননো ? মশাগী ওইবা অদুগুম্বা মপাঙ্গল মথৌনাসু হৌজিক ভাবতকী লৈজরিব্রা ? মসি লৈরবা, অদুওইরবদি ভারতনা মনিংতম্বা অমদি অচাওরমকাবদি শোয়দনা ঙমফম থোকই।

থবক্কী মী ওইবা, ফ্রান্সকী জ্ঞান লৈবা অমগী, খ্বাইগা মান্নদনা তোপ তোপ্পা মওংগী ৱাহংনি। অসিগুম্বা হীবমগী মরমদা ইউরোপ অমসুং আমেরিকাদা লৈবা কনাগুম্বা মী অমতনা মশাবু ৱাহনবা তৌরোই। মখোয়না হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা থৌদোক্কীদমক্তা মপুং ওইনা খল্লি। মতম অদুদা ওইবা পৃথিবীগী থৌদোক্কী মরমদা খল্লমই; খনবতা নত্তনা মশাবুসু ৱাহঙ্গরমই। মহাক্কী মথৌনা (ৱাখল লৈবা মথৌনা) অমসুং কুপ্পা মচাখায়না খন্দুনা ৱাখলনা মহাক্না জ্ঞানগী মঙান থীরমই; হৌম্রবা মতমদা হৌজিক মতমদা, ৱাখল্ খনবদা, ৱা ঙাংবদা, লাইরিক ইবদা, পূম্নমক্কী মথক্তা, থবক্তা অমসুং শিব-চংবগী মতাংদা, মহাক্না জ্ঞান অমসিবু হেক ফংবগা জ্ঞানগী মঙালবু তানশিনবা লাক্লরমই।

ৱাহৈ অদু মালবোক্লতদি তশেংনা মহৈ তমখৎলকপা মীওইনা হিংগদবা নত্তে। মদুমক মহাক্না মুন্না খংলমই; ঐখোয় হেক উন্নবদা থিংবা ঙমদদুনা মহাক্না হেক্তা হায়দোকরকপনি। ৱাহৈ অদুমক্ ইথৱাইনা পামজবা ৱাহংনা অদুগা ঐহাক্না তত্তনা খন্দুনতা লাক্লবা ৱাহংমক্লি। মহাকপু অমদি ইশামকপু পেলহনবা ঙম্বা পাওখুম ঐহাক্না পীবা ঙম্নমদে। পীবা য়াবা পাওখুম অমদি শন্দোকপা হায়বা য়াবদি লৈরমই অদুবু মদুনা ৱাহংদুনা তাকইবা শরুক্কী মনুং থিংনা য়ৌনা ফোংদোকপদি ঙমগদবা মান্দে।

ভারত্তা চৎলিবা বৌদ্ধ ধর্ম্মবু পাক্লাশন্না অমদি শাফুকন্না মরূ ফুক্তোকপা য়ারোই হায়বা মখৈদি শেংলবদি। হিন্দু নিংথৌগা বৌদ্ধ ধর্ম্মগা সত্মাগা হায়বদি মরাচেংলবা বৌদ্ধ লম্বোইবশিংগী সমাজগা অনিগী মরক্তা করি করিগুম্বদা লম লমগী ওইনা খংনবা খুদোংথীনিঙাই ওইবদি লৈরমই। মহৌশানা মখোয়গী মান্নবা রাজনিতিগী যুম্ফম লৈরমই; মরুওইবা খেৎনবা করিমতা মখোয়গী লৈরমদে। বৌদ্ধধর্ম্মনা করিগুম্বদা হিন্দু ধর্ম্মবু মফম লেংহনবা লৈত্তে হায়বমখৈদি নিংশিংবা য়াই। বৌদ্ধ ধর্ম্মনা ভারত্তা য়ৌনা চাওখৎলক্লবা মতমদা হিন্দু ধর্ম্মসু পাক্লা-শন্না চৎনরমই। বৌদ্ধ ধর্ম্মদি ভারত্তা মতোমতা শিথজরকপনি; হায়বদি মশামতোমতা ময়েংতাজরকপনি; তোঙানবা মওং অমা ওম্থোকচরকপনি। কায়য়েথনা হায়, "ভারতনা লৌশিল্লুবা অদুবু ওম্থোক্লবা, মশাদা নিংশিংহন্নবগী ভারতকী অঙকপা শক্তি মশাগী লৈজে"। মপানগী লমদগী নত্রগা মরী লৈনরুবা শরুক্তগী ভারতনা তশেংনা লৌশিল্লুবা ওইরবদি মশাগী ওইনা মপুক্লিং; অমসুং ৱাখলগা থোরকপা শরুক্তা হেক্তা তিন্নশিনবা

য়াই। বৌদ্ধ ধর্ম্মদি ভারত মশাদগী মপুং ওইনা থোকরপদা নত্তনা বৌদ্ধ ফিলোসোফিগা মমাংঙৈগী ওইবা ভারতকী ৱাখল অমদি বেদান্তগী (পানিষদ্‌কী) ফিলোসোফিগা মরী লৈনৈ। উপনিষদ্‌তা নোকনিংলবা পুরোহিত্‌কী মথৌ অমদি পূজা-নুংজাগী মরম য়াওরি অদুম্নদি ওইরগা উপনিষদনা সম্প্রদায় খায়দোকপবুদি চাং হন্থহল্লি।

ব্রহ্মণ ধর্ম্মগা বৌদ্ধ ধর্ম্মগা অনিসি অমগা অমগা মান্না থবক্ চৎথর্মিন্নৈ অমসুং য়েৎশিন্নৈ; অনিসি অমগা অমগা লোন্দা-পুদাদা মান্ননা য়ান্নদ্রব-ফাওবদা অনিসি অমগা অমগা য়াম্না নকশিন্নৈ; ফিলোসোফীগী মতাংদা অমদি খ্বাইদগী থাজনবা শরুক্তা অনিমক অমতা ওইনা তৌই। মহায়ানা মরুওইনা ব্রহ্মণ ধর্ম্ম লোমদা চংশিল্লকই নিয়মদা অমদি মওংদা। মখোয়গী চৎনলোয়া লেংদনা লৈমিন্নরিবা মতম অদুক অনিসি ইয়া-য়ান্নবা মওংদা য়াম্না চৎমিন্ননব হোৎনৈ। ব্রাহ্মণ ধর্ম্মনা বৌদ্ধ ধর্ম্মবু অবতারনি, লাইনি হায়না লৌই। বৌদ্ধ-ধর্ম্মনসু অদুমঙাই। মহায়ানাগী নিয়ম য়াম্না থুনা শন্দোকলম্মী; অদুম্নদি ওইরগা মসিনা তাঙ্গবা মশাগী ওইবা মগুন অমদি তোপ-তোপ্পা মগুণ-অদুদি শাংথরকই। লাইনিংফমশিং ইনাকখুল্লমই, অপাম্বগী তুংনফম ওইরমই অদুনদি ওইরগা থকসি-খাসি ৱাৎলমই। ময়াম্না পাম্নরবা পূজা তৌবগী মালংদ মিত্রংগুম্বা শরুক অমদি অন্ধবিশ্বাসনা মনুংফাওনা চংশিল্লকই। চহি কোটি অমরোম লৈরক্লবা তুংদা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা খর খর ওইনা ময়েং তাথরকলমই। মরাই চায়থরক্লবা মতমদা লায়না পক্লবা শিথরকলবা মওংবু থিন্দুনা মিষ্টর রাইজ ডেভিহয়া অসুম্না হায়, "তীনচংলবা ৱাখলগী কল্লবা মপাঙ্গলনা গৌতমগী লিচৎ-শাজৎকী পাওতাকপু মশাগী ওইবা মিৎয়েংগী ৱাংমদা লোৎশিনখি। অইবগী শরুক্তা হেনগৎলকপা চাওখৎলকপা মতমদা চাওখৎলকপা হেনগৎলকপা খোংথাংগা লোয়ন-লোয়ননা অনৌবা ওন্নবা ৱাখলগী শরুক্তা ওন্নতৈনবা শরুকপু তানশিন্দুনা চাওখৎখোংথাংবু অরেম্বা তাহল্লি; মমৈদা নিংথিরবা শেংলবা অতিয়া ৱাখলগী শরুকপু অরানবা শেরান্নবা ৱাখলগী লৈচিন্না কুপশিনখি; ধর্ম্মসী হৌদোক্লমবা নিপা অথোয়বা গৌতমগী চমলবা, পুকচেল্ চাওরবা পাওতাকশিং অদবু লংলবা প্রকৃতিগী তাইওন্নবা শক্তম্না শিনবা থুংনা কুপশিনখি।" *

ব্রাহ্ম ধর্ম্মবু অমদি ধর্ম্মসিদগী থোরকপা ধর্ম্মকয়াবু মতমদুদা ময়েং তাহল্লবা ৱাখলগী অরানবা শক্তম অমদি লায়না চেল্লবা ভাবনা শাবা শরুকপু মথক্তা শন্দোকপা হায়রিবা ৱাহৈ খরসিনা ময়েক শেংনা তাক্লি।

সমাজ অমসুং ধর্ম্মনা শিথরুবদগী হিংগৎলক্লবা মতমদা, অমদি অনৌবা য়াওনা থোরকপা মতমদা, ভারত্তা বৌদ্ধ ধর্ম্ম থোরকলমই। ধর্ম্মসিনা মীওইবশিংদা, অনৌবা পুন্সিগী নৌনা নুংশাশ্বর হোলহল্লমই; খ্বাইনা পাম্নবা পাঙ্গলগী অনৌবা ইহৌ য়েল্লমই; লুচিংবা অনৌবা জ্ঞান অমসুং পাঙ্গল পীরমই। অশোক্না নিংথৌ ওইনা তেংবাংবনা, বৌদ্ধধর্ম্মনা য়াম্না থুনা শন্দোকলক্নুনা ভাবত লমদমগী ধর্ম্ম ওইখি। ভারতকী ওইখৈ ৱাংম তান্না ধর্ম্ম অসি শন্দোকখি; জ্ঞান লৈরবা বৌদ্ধ পণ্ডিত কয়ানা ভারত্তগী অতৈ লৈবাক কয়াদা ঈশিং চেহ্লোকখিবগুম চৎনখি; অদুগা ভারত্তসু চংলকলমই। অসুম্না চেহ্লোক-চেনশিন, চৎথোক-চৎশিন তৌবসি চহি কয়া চুপ্পা তত্তনা থোকলমই। খৃষ্টগী চহি চা-মঙা শুবদা বুদ্ধনা লৈখিদ্রবা চহি ১০০০ গী মতুংদা চীনা লমকোইবা ফাহিয়ান্না ভারত্তা লাকপা মতমদা ধর্ম্ম অসিগী হৌফম, ভারত্তা ধর্ম্ম অসি য়াম্না চাওখৎলম্বদু মহাক্না উখি। খৃষ্টগী চহি চা-তরেৎ শুবদা হেন্না মমিং লৈরবা লমকোইবা হুয়েন সাং (ইউৱান-চুৱান) না ভারত্তা লাকপা মতমদা ধর্ম্ম অসিনা মরাই চায়থরকপগী খুদম মহাক্না উখি অদুম্নদি ওইরগা অতৈ লৈবাক কয়াদদি ধর্ম্ম অসি য়াম্না কল্লমই। বৌদ্ধ পণ্ডিত অমদি লম্বোইবা কয়া কয়ানা মথং মথং ওইনা ভারত থাদোক্নুনা চীনাদা চৎখিরমই।

খৃষ্টগী চহি চা-মরি-মঙাশুবদা গুপ্ত শাগৈনা পানঙৈদা মখোয়গী মখাদা ব্রাহ্মণ ধর্ম্মনা অমুক মকোক হায়গৎলমই, লোয়ননা কলচরগী অচৌবা য়াওন অমা পুরক্লমই। অমরোমদা মসি বৌদ্ধধর্ম্মগী মায়োক্তদা নত্তে অদুম্নদি ওইরগা ব্রাহ্মণ ধর্ম্মগী পাঙ্গল ১সুং কান্নববুদি থোয়না হেনগৎহল্লমই; অদুগা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা অতৈ লৈবাক কয়াগী ধর্ম্ম ওইখিবগী ফলনা মসি তোকহনখিবনি। গুপ্ত শাগৈনা লোয়শিল্লকপা মতমদা ভারত্তা লান্দারকপা হুনশিংগা গুপ্ত শাগৈগী নিংথৌগা মায়াক য়ানখি; মমৈথংদা হুনশিংবু তাম্বোকখ্রবসু লৈবাক অসিগী মপাঙ্গল হন্থরক্লমই; অমদি শিথরকপনা তপ্পা তপ্প খুৎ চনশিনখিরমসী। মমৈথংদা কাওনিঙাই ওইদবা, শিং থানবা য়াবা, মতম তাঙ্গা কয়া অমা লাক্লমই; লোয়ননা শিংথাননা য়াবা মীওই কয়া 'মা

থোরকলমই। বৌদ্ধ ধর্ম্ম অমসুং ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম অনিমক মরাই চাইথরমই। ধর্ম্ম অনিমকী মরাই চায়থনবা থবক কয়া থোরক্লমই। অনি অসি করম্বনো খংবদা ৱানা-লুনা থোকলমই। বুদ্ধ ধর্ম্মনা লুপশিল্লমলবদি মদুমক্লা ব্রাহ্মণ ধর্ম্মবু মওং কয়াদা মশক ওলহনবা তাবনি।

খৃষ্টগী চহি চা-নিপান শুবদা ভারতকী ফিলোসোফরশিংগী মবক্তা খ্বাইদগী চমলবা অমা ওইরম্বা শঙ্করাচার্যনা হিন্দু সন্যাসীশিংগী হায়বদি লম্বোইবশিংগীদমক্তা ধর্ম্মগী অনৌবা নিয়ম অমদি মফম শেমগৎপা হৌখি। মদু বৌদ্ধ সঙ্ঘনা চৎলম্বা অবিবা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী লিচৎ-শাজৎতগী লৌথোকপা ওইনা তৌই। অহানবদা অসিগুম্বা সন্যাসীশিংগী অপুনবা সঙ্ঘাফল ব্রাহ্মণ ধর্ম্মগী লৈরমদে; অদুম্নদি ওইরগা মখোয়গী অপিক অপিকপা কাংলুপতি লৈরমই।

নোংপোক বেঙ্গলদা সিঙ্কদা অমদি অৱাং-নোংচুপ লমদা, বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মওং অসি খুৎনি খুৎনি তৌদুনা শাংথনা লৈবমই। মদুমক নৎলমদ্রবদি চোযজাযনববা ধর্ম্ম অমা ওইনা ভাবত্তা বৌদ্ধ ধর্ম্ম মুৎলমগদবনি।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## তরাহুমদোইশুবা তাংকক

# ভারত-ফিলোসোফীগী খোংথাং

ৱাখল অমনা অতোপ্পা ৱাখল অমা পোকহল্লবসু, ৱাখল খুদিংমক, অহোংবা নায়বা পুন্সিগী খোংচৎকা, মহৌশানা মবী লৈনৈ। মীওইবগী ৱাখলনা চথবকপা, অচুম্বা খোংথাংবু মিৎযেংনা নত্রগা জ্ঞান্না, মযেক শেংনা কবিগুম্নদা উবা ঙমলকই; অদুম্নদি ওইববদা, ৱাখলনা অমতা ওইনা তোৎশিনবা ঙল্লবসু, অবি-অনৌ অনিদি তিন্নবা যাদবা, শয়েং পান্বোম ঙান্ন-ঙাননা চৎমিন্নে ; অনি-অসি অমত ওইনা পুনশিনবা খক যাদে, অমগা অমগা তোখায় তানৈ। মীওইবা অমগী ৱাখল অসি তায়ওন্নবা কযানা শাবা মপুন্নি, অদুগা মহাক্লা তৌবা থবকশিং অসি অমগা অমগা পুনশিনবা লুপা থোকই। কলচবগী চাওখৎপা খোংথাং কয়াদা খোংদাবকলবা মী অমনা, মানা খনবা বাখলদা, মহাক্কী থাজবদা, মানা তৌথোবকপা থবক্লা, অমদি হৌগ্রবা চহি কয়াদা চৎখিবা তৌখিবা তোঙান তোঙানবা থবক্লা মথং মথং লেপ্পা লৈতনা চথবকপা তৌথবকপনা, হৌজিক ওইবিবা তৌবিবা মতাং যৌবকপা ফাওবদা মহাক্লা খনখিবা ৱাখল কযাগী তোঙান তোঙানবা শক্তম মহাক্লা পুথোকখিবদু উবা ফংগনি। মহাক্লা তৌখিবা তোঙান তোঙানবা থবক্লা, মশক হোংনা চথবকপনা, হৌজিকমক ওইবিবা সমাজ অমদি কলচবগী শক্তম অসি তাবকইবনি, মদুমক নৎলমদ্রবদি লেপ্প লৈতনা চথবিবা পুন্সিগী খোংচত্তা তিন্নবা যাদনা, মানা তৌবকপা খল্লকপশিংদু ফৈযেংনবমগনি অমদি তোঙান তোঙাননি; অদুম্নদি ওইবগা মহাক্লা তৌখিবা খনখিবা অদুগী মবমদা, যেলহৌঙেগী ওইবা থাজবা অমদি মবমচাদবা ৱাখলগী লেপফমদু লেংদবা লৈগনি। মবম চায হাযবদা যানিংদবা, অশিংবশিংনা চুমই হাযনা লৌদবা, মশাগীনা বাখল থাজবা, অমদি হৌজিক মতমদা ইকোন কোন্না পুথোকপা নিযম ঙম্নাগী খুদোংচাবা লৌদুনা মশামক্লা শীজিনবা, খুৎশা তৈবদা চাওখৎলবা, মীওইনা লৈবা লৈবাক অসিদা থেংনবিবা অসিমক ঙক্লিংঙাইনি। অওইবমক, অচুম্বা অমদি জ্ঞানগী অবংবা খুদম অমফাওবা যাওদবা বার্জানাতগী মীওই অমনা মানা তৌবা থবক্তা মহৈ চাখিবদি যাই। আইন ওন্নুবা মীওই অমনা, মমিং চৎপা উকিল নত্রগা জুবিষ্য (অচুম অবানগী বিচাব তৌবা শকক যাবা মীওই অমা) ওইখিবদি য়াই, অদুম্নদি ওইবগা মী মহাক অদু অতৈ হাবমদা কবিমতা খংদবা মীওইনসু ওইবা য়াই। হৌজিক মতমগী মীওই অমা ওইনা, খোবকপা, বিজ্ঞানিক অমনা, মহাক্লা লৈনবিবা বিষয থাদোক্লুনা লেববেটবিদগী মপান তেক খোবকপদা বিজ্ঞানগী শক্তম অমদি নিযম অদু মহাকনা তওনা কাওথোকই।

থবক্কী থৌওংদা ঐখোয়গী নিতিগী পুন্সিগী থৌদাংগা লাপ্থেনবা থৌদোকশিংগী মতাংদসু মমি থোকই। ফিলোসোফী অমসুং মেটাফিজিক্সকী মতুংইন্না থৌদোকশিং অসি ওস্থোক্লা লাপ্লথে, মন্ম শাংখ্রে, ঐখোয়গী নোংমগী থৌদাংগী মবী অমতা লৈনদে। ঐখোয় অযাম্বগী মফমদদি, ঐখোয়না চেকশিন্নবা নিযম নাযদ্রবা অমদি, খওইনা তমদুনা জ্ঞান তান্নদ্রবা অদু ওইববদি মসিবু কবিমতা লৌশিনবা ঙমদে। অদুম্ অদুম ওইনমক, ভাব-তান্নবু ওইববসু তাদনবু ওইববসু পুন্সিগী অচুম্বা মবম খবদি ঐখোয়গী লৈনবি; ৱাখল খস্থবদা যৌবমক ঙমদ্রবসু, অহল-পথনবগী থাংথহৌদুনা নত্রগা অতৈ অতোপ্পদগী লৌহৌদুনা নত্রগা খংজরিবা খবদু চুম্লবনি হাযনা ইশানা খঞ্জদুনা, পুন্সিগী অচুম্বা শকক খবদি ঐখোয অযাম্বনা ঙাক্লা চৎলি। নত্রগা ধর্ম্মদা, ধর্ম্মগী অশম্বা পাওতাক নত্রগা নিয়ম, লৈবাক্কী চাওখৎ থৌবাং অমসুং চনৈনবা অদুম্নদি ওইবগা নুংঙাইনিঙাইদি ওইবা, লাই-মূর্ত্তিথাজগদবা ধর্ম্মদা আক্ষয় তৌদুনা, ৱাখলগী পুবা থাংবা ঙমদবা অৱাবা ইপাক্তগী ঐখোয়গী নাম্থোকপা য়াই খজিক ফাওবা মরী লৈন্নদ্রবসু মখোয অসি অসিগুম্বা অতৈ-কয়া অমদি তোঙানবা শিনশংদা তোপ্পা থবক চলায়রবা, তোঙান তানববা, ইশাগী হৈ-শিংবদু, ঐখোয়না চাওখৎহল্লি।

তশেংনা ফীবম য়াম্না ফনা লৈপ্লবা মীওই খর নত্তনা, মমাংঙৈদা লৈরম্বা মীওইশিংগী মরক্তা লিংজেন মান্নবা অমতা ওইবা লিচিং অমা লৈবগুম তৌরমই; হৌজিক লৈনরিবা অসিদগী মমাংঙৈদা লৈরম্বা চাং খরদি হছ্রমই। মীওইবনা লৈরকপদগী চহি মতম শাংনা তত্তনা লৈরক্লবা অহোংবা নায়বা মতাংদা, অমত ওইনা লৈবসিবু ঐখোয়না থুগায়গদবগী হোৎনরকলি, অদুবু অতোপ্পা অহোংবা অমা ফংনবা হোৎনবদা ঐখোয়না মাইপাকপা ঙমদ্রি। লেংলরোয়দ্রবা ধর্ম্মগী মওংদা ঐখোয়না চত্থনরি, মতমগী চান্দবা নিতি-নিয়ম অমদি থাজবদা ঐখোয়না লুপ্তুনা লৈরি; অদুমদি ওইরগা বিজ্ঞানগী নিতি-নিয়ম ঙাক্লা লৈশিনন্নরি ৱাবী শান্নরি। পুন্সিগী মরমদা থিজিনবদা বিজ্ঞানগী লম্বীদি ওম্ফোক্লা খুদ্রে, তেনপ্রে; পুন্সিদা চংদবা য়াদবা মরুওইবা কয়াবু বিজ্ঞান্না যৌওইদে, খংদে; মরমসিনা অনৌবা মওংগী অমতা ওইবা পূন্নমক অমত ওইনা তিন্নবগী চানবা ইীরম অমতা বিজ্ঞান্না পীবা পুথোকপা ঙমদে। ইীরম অসি, হৌজিক খরা খরা ওইনা চাওথোকলকপা মওং অমা লাকলি; মমাংঙৈদা ওইরম্বদগী খরা ৱাংখৎলকপা থাক্তা, মীওইবগী লৈনরিবা মওংদা, নৌনা অমতা ওইনা পুনশিন্নবা ঐখোয়না লাক্লবা তাবনি।

তৌইগুম্বসুং ইীরম অসি হৌজিক য়াম্না হেন্না লুরে য়াম্না য়েৎশিন্নরে; মরমদি মসি মীওইবগী খনবা ঙম্বা ৱাখলগী ৱাংমা য়ৌগ্রে। থায়নঙৈদা অমদি মধ্যযুগতা পীকশিন্না, মখল মথেন নায়না খেৎনরবা মীওইববু য়ানগদবা মওংদা পুনশিনহন্নবা পায়খৎপা থবক্তা লায়না খুমাং চাওশিল্লমই। অপীকপা সরুর অমদি খুঙ্গং কয়ানা শাবা মতমদুগী পীকলবা পৃথিবীগী অদুদা, সমাজগী শেমগৎ-শাগৎপা অমদি চৎনরোন-লমচৎ-শাজৎকী অরেপ্পা ৱাখলগা লোয়ননা, মপানগী নোংলৈ নুংশিৎতগী নিয়ম অমগী মখাদা, ঙাক-শেনজদুনা মশা মশানা পেঞ্জরবা পুন্সি, মী খুদিং অমদি মী কাংলুপ্পা লেন্নরমই। ঙসিদি নায়তোম লৈজবা মী ফাওবনা শন্দোরকপনা পৃথিবী শিঙ্খুংগ্রে; সমাজ শেমগৎ-শাগৎপগী তোঙান তোঙানবা ৱাখলনা অমগা অমগা চায়নরক্রে; চায়নরমইবা ৱাখলগী মরুমদা পুন্সিগী তোঙান তোঙানবা ফিলোসোফিনা কক কক থিন্না থৌজিল্লি। মফম কযাদা হৌবকপা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎনা অকনবা ইচেন নাইনবা লৈন লৈন শিৎপা নোং-নুংশিৎ ওইরকলে, লোয়ননা অতোপ্পা মফমদা ওন্ন-তৈনবা মায়োক য়াবা অকনবা নোং-নুংশিৎনা মায়োক য়ানা হোৎচিল্লকলি মবম অসিনদি, নায়তোম তাবা মীওইনা, অমতা ওইনা পুনশিন্নবা হোৎনবা তারবদি, মদু, পৃথিবী শিঙ্খুংনা লৈবা মখল কয়াগী সমাজগী অমতা ওইনা পুনশিনবা লিচিংনা শৌগৎপা তাবনি।

অতৈ মফমশিংদগী য়াম্না হেন্না খুমাংচাওশিন্না ভারত্তা সমাজগী শেমগৎ-শাগৎপগী লিরবা কুইরবা ৱাখলনা অমদি ৱাখল অসিবু শৌগৎলিবা পুন্সিগী ফিলোসোফিনা, চত্থবা য়াবা লমখৈ য়ৌনা হৌজিক মতমগী ওইবা ফীবমবু ঙাক শেল্লি। সমাজবু লেংদবা কায়দনা থম্বা ঙম্বা, অমদি পুন্সিগী ফীবম অমা তানা থম্বা ঙম্বা মগুণ, মখোয়গী লৈরমদ্রবদি মখোয়না মসিগী ফীবম অসি তাহনবা ঙন্নরোইদবনি। মশা মশাদা য়াওবা ফত্তবা শরুক্লা মখোয়গী অফবা গুণগী শরুকপু খজিক ওইনা লাকশিন্দুনা মখোঁ শংলম্বনা মখোয়না খুদক্ত মাইথিদ্রিবনি, পুন্সিগী খোংচৎ কায়হন্দ্রিবনি, খোংচত্তা অপনবা অমদি পঙ্খবা থোকপা ঙমহন্দ্রিবনি। অদুগা ফনা হায়দুনসু, মখোয়বু খ্বাইদগী তিনন্নদনবা তোখায় তানা লৈ হায়না ঙসি খনবা ঙমদে; পৃথিবীগা মরী লৈননা মখোয়বু উদবা ঙমদে; মখোয়না অমতা ওইনা পুনশিন্নদবা নত্তে।

হাভেল্লনা হায়, "ভাবত্তা লৈরিবা ধর্ম্ম অসি ৱাখলগী (লাই-তিনগী) তোঙান তোঙানবা থাক্তা খেংনা মপুংফাহল্লবা, পুন্সিগী তোঙান তোঙানবা ফীবমগা চান্নরবা, মীওইবগী শাজৎ-লিচৎকা চান্ননা থবক্কী লমদা খুমাং চাওশিলহল্লবা ময়া তারবা ধর্ম্মনি। চেৎন-মরা তারবা ধর্ম্মনা মীওইবা খরগী পুন্সিগী তোখায় তান্ননা লৈ হায়না থাজরবসু, মীওইবা কয়াগী লমচৎ-শাজৎকী মরী লৈনবা থবক্কী লমদা তেংবাংবা অমদি পুন্সিবু মপুং ফাহনবসু য়াওদবা নত্তে নত্রগা মাদুনা পুন্সিবু ৱাহন্দবসু নত্তে। অসিগুম্বা ৱাখলগী অচুম্বা, মরম চাবা শরুক্লা থবক ওইনা তৌবা য়াই, পুন্সিগা চাননৈ, হোংলকপা ফীবমগী ইরোইননা চশিন্নবা য়ানা চত্থমীনৈ। অসুম্না চত্থরিবা মখৈ ইীরম খুদিং চৎন-চিন্নবা য়াই, থোরকপা থবক খুদিং পাংথোকপা ঙমই। মথেক মকোয় নায়রবা পুন্সিগী খোংচত্তগী নাম্ফোক্তুনা ফৈদোক্লা চৎপ্লবদা সমাজগী চৎনবীগা লৈনবা মরী মাংশিল্লকই, মসিগা পুন্সিগা অনিগী লাপ্পবা শরুক, শাংদোকপা হেনগৎলকই, মশামক্কী কান্নবা শরুক অমসুং শত্রুম মাংশিল্লকই।

পুন্সি-য়ুখল মকমদা, হোবা লৈত্রবা অচুম্বা, কবিগুম্না লেংদনা লৈবম্লবদি, মতমচুম্লদা অসিগুম্না অহোংবা নাইদবা চুম্লবা শকক নত্তনা, মতম মিকুপ নাহুম খুদিং হোংবা নায়বা পুন্সিগী শকক খবদি, মেটাফিজিক্কী থিওরি অমদি ৱাখলগী মিৎযেং মখাদা নৈনবা য়াদে। মবমসিনা থিওবি, অমদি মিৎযেংগী হোংবা নাযদবা শকক খবদি লৈ, শকক 'সি মপানগী ওইনা অহোংবা নায়বা শকক্লা কবিসু তৌবা য়াদে। অদুগা, অশেংবমক্তি, মখোয়সি, হেনগৎপা-চাওখৎপা নাযবা অকোয়বদগী থোবকপনি অমদি মখোয়সিবু তত্তনা খল্লিবা মীওইবগী চাওখৎপা নায়বা ৱাখলনা শেমগৎলকপনি। মখোয়গী পাকথোক শন্দোক্লকপা শক্তিনা মী অমা চুম্লগী ৱাখলবু শৈনাইহল্লি। ভাবত্তদি মযাম্ল য়াম্লববা মওংদা ফিলোসোফিনা অৱাংবা থাক যৌববসু ফিলোসোফি অসি, অতৈ লমদগী হেন্না পাকথোক শন্দোকই, অদুগা জাত্তিগী মিৎযেং শেম্বদা, মীওইবগী, তোপ-তোপ্পা ময়েক শেংনা লায়বা ৱাখলবু হেন্না ৱাংবা শেমগৎপদা শক্তি লৈনবা পাঙ্গল অমা পী।

অসুম্লা চথবদা, বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা মীশিংগী ফিলোসোফীনা কান্নববা শকক অমা য়াবি; অদুগা মধ্যযুগক্কী মতমদা, জাত্তিগী মিৎযেংদা ইসলাম ধর্ম্মনা, ধর্ম্মসিগী শক্তম অমা থনমই, অপান্ননা অমদি নাকোযননা; হিন্দু ধর্ম্ম অমদি ইসলাম ধর্ম্মগী সমাজ অমদি ধর্ম্মসিগী শেমগৎ শাগৎপা , অনিগী মবক্তা লৈবিবা অহাংবা শককপু ধর্ম্মনা নৌনা খোংদাবকপা কাংবুগী অনৌবা য়াওল্লা শমজিন্নবি।অদুগা, মকওইবদি, খ্বাইনা হাযনবিবা ভাবতকী দর্শন শাস্ত্রগী শকক তকক হায়বদি দর্শনশিং অসিনা মীওইববু লাকশিন্নবগী শক্তি ওইবি। মসিগী শকক অযামবদি বুদ্ধধর্ম্ম চৎপা কাংলুপতা খবা কাযনা থোকই। মখোয অয়াম্বা কা হেন্না চেৎশিৎলবা ওইনা তৌই, মখোয কাংলুপ মযামসিগী মান্নবা অমতা ওইবা ভাব লৈববসু হৌবকপা অমদি পোলোযদা মখোযশিংসি খেৎনৈ। লাইযাম লাৎপা যাওবা মশাগী ওইবা লাইতবু থাজবা, শেংনা অমতবু থাজব, লাই লৈ হাযবা শুকথা থাজদবসু যাওবি, পুন্নমকসি ৱাখলগী যাওন মতুং ইন্না ওইবকপা ভক্তি। ৱাখলতনা পংখল খনবা ফীদম মকম অমদি অচুম্বা অনিমক যাওবি। তিনশিন্নবা ৱাখলগী তোঙানবা মমায কযা থোকনা লোংলবা ভাবত বাসিশিংগী ৱাখলনা মখোযগী অমত ইবা অমদি অমগা অমা যাবদদা খেৎনবসু উৎলি। মত অনিসিগী মবমদা সেক্স মুল্লাবনা ৱাখল তৌনা হায,
" অচুম্ববু ঐহাক্লা মযেকশেংনা উবিবা অদুক . . দর্শন তকক অসিগী তোঙান তোঙানবা শকক্তা, পুন্নমক্তা, অমতা ওইনা মান্নবা শকক যাওবি মাদুবু জাত্তি ওইবা অমদি মীযামগী ওইবা দর্শন কৌবা যাই .... ৱাখল খনবা মীওই মানা মানা পান্না শকক অদু, অমত ওইনা মান্নবা শকক অসিদগী লৌথোকনবস্মী।

মযামগী মবক্তা মান্নবা অমদি ইবৈ মবৌব, মদুদি জগৎকী খোংচৎ অসি চাং অমা ইকাই কাইদনা চৎলি, নিযম অমগী মখাদা লৈবি; চাওববা কাযবা যাদ্রবা তান থা অমগী মখাপোল্লি। মসিবু চপ-চানা ফোংদোক্লনা তাকপদা ৱান্না থোকপনা, তোঙান তোঙানগা মওংদা খন্নবা দবকাব ওইবনি। জগৎ 'সিদা থোকইবা থৌদোক্কী। নিযম অমদি থৌদোক্কী হৌফম পম্বুংফমগী নিযম্না কাযদনা চৎথবকপনা মী খুদিংমক্লা মাগী মাগী খনবা গুম্না ৱাখলগী লমদা মানা মানা নিংজবা পল্লেপফম অমমম থনমনবগী মশা মশাগী অধিকাবদি লৈ। অমুকহন্না পোকপবু থাজনবি; মশাগী ওইজবা থাদোকপা নংশিনববু পামনবি; মশাগী ওইজবা থিদনা কন্না নোম্লববু মমল কাহল্লি। অচুম্বা থিবা বিজ্ঞান অমদি মবমচাববু থাজনবি, মবৈ যেৎনবদা মাইপাক্লা শীজিন্নবি। অদুম্লদি ওইবগা থম্মোযদা পানবনা হাযাববা অনিসিদগী হেন্ন চুম্না লৌনবি। মবমচাবা প্রমান পাম্বদা তোংদুনা মবৈ য়েৎনবি কবিগুম্বদা মবম চাবগী ৱাংমদা ফাওবা লাম্বোক্লনা কবিগুম্না নিযমদা অমদি নির্যগী অচুম্বা থিনবি। প্রোফেসাব কাযহন্দনা থিন্দুনা হায " হিবম পুন্নমক অহেনবা থাজবগী মখা পোল্লি; অশেংবা অমা ওইনা, চুম্বদা থাজনা লৌনববা লাইবিক লাইশুগী মপান তাংনবি; অদুম্লদি ওইবগা মীওইবগী শক্তি মপান তাংদুনা হিংদুনা লৈনবিবা হিবম কয়াবুসু মসিনা হুলাল্লি; থবক ওইনা পাংথোকপদা লাইবিকশিংনা তেংবাংইদি হাযববু মশাগী লৈজবা থাজবগা লোয়ননা পুবকপা শকক্লা তত্তনা চিংনবা পোকহন পোকহন্না, লাইবিক লাইশুগী মতেং যাওদনা পাংথোকপা গুম্না থবক্কী ফলা ফলগী অশেংবা শককপুদি পীবা খংহনবা ওমদে।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## তরামরিশুবা তাংকক

# ফিলোসোফিগী মতাং শরুক

ভাবত্তা লৈবিবা ফিলোসোফিগী ইহান হান্না হৌবা শকত্তা, বুদ্ধ পোকত্রিঙৈ চহি কয়া'সিগী মতম তান্না, ঐখোয়গী ৱাখলবু চিংশিল্লি। কাযনথংদা ফিলোসোফিগী শককশিং অসিনা, ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম অমসুং বৌদ্ধ ধর্ম্মবু অমমম ওইনা অমুক অমুক চাওখৎ হল্লমই অমগা অমগা য়েৎনদুনা, অমনা অমদগী মতেং লৌনদুনা, ধর্ম্ম অনি 'সি ফাওগৎলকই। খৃষ্টনা পোকত্রৈঙৈ মমাংদা ব্রাহ্মব ধর্ম্মগী শকক তকক্তি হান্ননা মওং ফীবম তাত্ত্ৰবনি, ওৎশিন্নবা অমোৎপা শকক কযাদগী নাম্ছোক্লুনা তশেং তশেংনা মশা মতোম্তা লেপচত্ত্বনি। শকক খুদিংমক মনিং তৌনা চংশিল্লি; মমং মখা তম্না ভাং শকই, অদুম্নদি ওইবগা তকক অসি অমগা অমগা থাদোক্লদে, চাওববা শক্তম অমগী তোঙান তোঙানবা শককনি হাযনা উৎলি।

শকক তকক অদুদিঃ– (১) ন্যায় (২) বিশেসিকা (৩) সংখ্যা (৪) যোগ (৫) মিমাংসা অমসুং (৬) বেদান্ত ॥

ন্যায় নিয়মদি মথং মনাও নাইবা নলম চানা চত্থবনি। চুম্না হায়ববদা, ন্যায় হাযবসে লোজিক্কি হাযবদি অচুম অবাং থিনবা বিজ্ঞান্নি। হৌবকপদা খেৎনববসু নতাং কযাদা ন্যায অসি এরিষ্টোটলগী অচুম্বা থিবা বিজ্ঞানগা মান্নে। ন্যায়দা যাওবিবা মকওইবা নিয়ম পুম্নমক, অতোপ্পা নিযম কয়ানা চুম্লে হাযনা লৌনববনি, ৱাখলবু নিযম নায়না শীজিন্ননবগীদমক, মধ্যংগ অমদি মমাং যুগ কযাদা, মতমদুদগী ঙসি ফাওবদা, ভাবত্তা লৈবা স্কুল অমদি বিশ্ববিদ্যালয়দা তম্নবি। ভাবত্তা হৌজিক লাইবিক তম্নবদা লাইবিক অসিবু যৌওইদনা হন্দোক্লবে, অদুগা থাইনা তম্নবম্বা মওংদা সংস্কৃত তম্বা তানবাদ তম্নবিবা লাইবিকশিং মবক্তা ন্যায়না অথোইবনি। ফিলোসোফি তমগে হায়ববদি ন্যায় দর্শন অসি থাদোকপা শুকয়া যাদ্রবনি, অদুগা লাইবিক তম্বা মী অমনা মহাক্কী বাখল তম্বীববগীদমক ন্যায তম্বা যাম্না দবকাবনি। ইউরোপতা এরিষ্টোটলগা লোজিকপু পান্না তম্নবম্বগুম্না, মতম অমদা ভাবতবর্ষদা তম্নবম্বা লাইবিক্কী মনুংদা ন্যায মকওইনা লাইবিক অমনি।

পোৎশক ওইনা থিজিনবা মতম'সিগী বিজ্ঞানগা ন্যাযগী নিয়মগা যাম্না খেৎনৈ। নিয়মশিং অদুমক কুপই, মশানা স্যাইন্টিফিক ওই, থাজববু অমদি ধর্ম্মবু চুম্লে হাযনা লৌবগী মগুত্তা ৱাখলনা ফংবা পোৎশিংবু অমমম ওইনা মুন্না চাং য়েংনবা লাক্লবমই, লোজিক্কী প্রমান মতেংনা তাংকক তাংকক নায়না চত্থনবা হোৎনবমই। লোজিক্কী নিযম পথাপ তুং-ইন্না চত্থবা যাদবা ভাবনা শাবা অমদি মশানা চুমজববনি হায়না লৌবা শককসু ন্যায়দা যাওদবা নত্তে। ভাবনা শাবা কয়াবু হান্না খোমজিল্লগা মদুনা যুম্ফম ওই। প্রকৃতি অমদি পুন্সি আত্মাদা চাং নাযনা অমতা ওইনা চপ মান্নবা অমদি মবৈবে। মশাগী দেবতাবু মশাগী শক্তমবু অমদি অটোম্না শাববা জগৎপু থাজনবি। মী খুদিং থৱাইনা নত্রগা হকচাংতনা ওইবা যাদে, অনি পুম্নবতদা ওইগদবনি। অচুম্বা হাযবসি জগত্তা অমদি প্রকৃতি অনিগী অপুনবা মখল কযাগী শকলোননি হাযনা লৌনৈ।

বিশেসিখাদি অয়াম্বা শকত্তা ন্যায়গা মান্নে। অমতা ওইবম্বা, মপুম ওইনবম্বদগী শকক কয়া থোক্লা খায়দোকপা, জগৎপু শেম্বদা চংইবা এটোমিক্কী অমদি মচাকশিংগী তোঙান তোঙানবা শককপু বিশেসিখাদা কুপ্পা নৈনৈ। ধর্ম্মগী নিযম অমদি লিচৎ শাজৎকী নিযমগা জগৎ'সিবু লাকশিল্লি হায, অমদি মসিগী অকোয়বদা পুম্নমক অনিয়ম অমগী মখাপোন্না কোয়না লৈরি (revolving)। ভাবনা শাবা লাইবু শুকযা যাদে। ন্যায, বিশেসিকা অমদি বেদ্বি ফিলোসোফিদা মান্নবা অমতা ওইবা শকক কয়া অমা য়াওবি, শম্না হাযববদা মখোয়না অচুম্বা লম্বীদা শেম শেমদুনা চংশিল্লি।

কাপিলনা (চাওরাক্লা খুঃনা পোক্কদবা চহি (৭) তরেৎ ৱাৎলিঁগুদা) মতমদুগী ৱাখলগী ইচেন, বুদ্ধ ধর্ম্ম চক্ত্রিগুে মতমদা খন্নরম্বা ৱাখল, মতুংইন্না মওং অমা তানা শেমলম্বা সংখ্যাগী নিয়ম অফাওবনি। রিচার্ড গার্বগী মত মতুংইন্না," পৃথিবীগী ইতিহাসতা ইহান হানবা ওইনা, মীওইবনা মপুংফানা নিংতম্বা, মীওইগী ৱাখলনা মনিংতৌবা, মশাগী লৈজবা পাঙ্গলবু মপুংফানা থাজবা, অসিপুম্বা কাপিলগী নিয়মদা উৎলি ।"

বুদ্ধ ধর্ম্মনা মকোক হায়গৎলক্লবা মতুংদা সংখ্যাসি নিংথিনা মান্নববা নিয়ম অমা ওইবম্মী। পোৎশক ওইনা চাংয়েংবা মীওইবগী ৱাখলদগী পোকপা শেংলবা ফিলোসোফি অদি মেটফিজিক্কী শেমগৎ-শাগৎপা ৱাখলনি, সংখ্যাগী নিয়ম অসি। লাম্বা ফংদবা পোৎশকপু চাং-য়েংবদি তশেংনমক ওইথোক্তবনি। বুদ্ধ ধর্ম্মগুম সংখ্যানা মবমচানা থিজন-হুমজিনবগী থবক পায়থবকই; অথোবিটি য়াওদবা মশাগী ওইনদি মবম চাজবা বুদ্ধ ধর্ম্মগী (ন্যায়) নিয়ম কযাবু সংখ্যানা মুকলমই। মবমচানা চত্থরকপা ন্যায়গী মতুংইন্না (ঈশ্বরগী মবম থাদোক্কদবনি) ঈশ্বর লৈ হাযনা লৌবোইদবনি। সংখ্যাগী মতুংইন্না মশাগী ওইবা নত্রগা শাজিন্নবা লাই, অমতা লৈতে, লাই অমতবু নত্রগা লাইময়াম্বু নিংহনবা ধর্ম্ম লৈতে। চংশিল্লকইবা খোংচৎনা ঈশ্বর লৈ থাজদবা খোংচৎনি; ৱাখলনা পান্না ফংদবা. অকী-অখং পোকহনবা ধর্ম্মবু মসিনা য়াদে। লাই অমনা জগৎ অসি শেমলমই হায়বা, মসিনা য়াদে, পাঙ্গলগী শক্তি পীবা মচাক (matter) অমদি স্পিবিৎ অমনা নত্রগা ময়াম অমা, অমগা অমগা পুনশিন্না লৈনবা মবী অমদি পুনশিনবদগী খোবকপা লেপ্পা লৈতবা অহোংবা নায়বনা জগৎ'সি শেমইর্বনি। অসিগুম্বা শেম্বগী থবক অসি অতৎ অখম নাইদনা চৎথবর্কলি।

সংখ্যাবু দ্বিতা হায়বদি মচাক অনিতগী ওইবা ৱাখল্গ কৌই; মবমদি শুপ্পগী মবম অনিতনা সংখ্যাগী ফীবম লেপই, অদিদি প্রকৃতি মপাঙ্গল কল্লবা অহোংবা নায়বা প্রকৃতিগী শকক, পুরুষ হোংবা নাযদ্রবা শক্তি। পুরুষ, আত্মা, জ্ঞানগী মওংদা মশীং লাকচমদনা লৈ। মশা মতোমতা লৈজবদা মপাঙ্গল থোকচদ্রবা পুরুষকী মপান তাংদুনা প্রকৃতিনা য়াওবি; পোকপা শিবগী লোযবা নাযদ্রবা পৃথিবীবু লমজিংলি। মবম লৈতবা যাদবনা সংখ্যাগী পামজবনি; কলাকল পুম্নমক মবমদা (যৌবমদা) য়াওববা চক্রলোন্না থুপ্পা। মরম অমসুং ফল অনি অসি পোৎ মশা অমতগী শেমদ্রিবা অমদি শেমগৎলবা (মুন্দ্রিবা অমদি মুল্লবা) মওংনি। হায়না থবক্কী লমদা ঐখোযনা উবকপা মতংইন্না মবম (caure) ফল (effect) অনিসি খেৎনৈ, তোঙানৈ, মদম্মদি ওইবগা মনুংদদি মখোয় অনি অসি অমতনি।

মশক মশা উদবা প্রকৃতি হায়বদি পাঙ্গলগা লোযনানা পুরুষ (হাযবদি) জ্ঞানগী শক্তিনা মশাগী নিয়ম শুক্কাই কাযদনা, মরুওইবা পোৎচং খবা লোয়নদুনা শেমগৎ শাগৎপগী থবক পাযখৎলি, অহোংবা নাযহল্লি, শেমগৎপগী অবোয়বা পম্থেং লৈত্রি হায়না উৎ উক্তুনা মবৈ য়েৎনবগী অবোইবা লৈত্রি। জগৎসিদা লৈবিবা খ্বাইদগী তোনবা খ্বাইদগী নেম্বদগী খ্বাইদগী চাওবা, অমদি খ্বাইদগী ৱাংবা, ফাওবগী, খুঁদংনা তৎন থানবা যাদবা অমতা ওইবা শকক অমা লৈবি। মসি পুম্না আস মেটাফিজিক ওইর্বনি; ভাবনা শাবদগী হৌদুনা চৌনবকইবা মবৈ অসি শাংনা মবিক চুম্বনি অমদি মবম চাবনা থনর্বনি।

পটঞ্জালিগী যোগনা হকচাং ১সুং বাখলবু নিযম নায়না তস্বীবা, কান্নববা নিযমনি; মসিনা থরাই অমদি আত্মাগী তৌফম থোকপা তাংকক য়ৌনা তস্বী। নিয়ম অসিবু মযেক শেংনা ইবম্বতা নওনা পানিনিনা ইবা সংস্কৃত গ্রমাবগী (ব্যাকবণগী) অফ-ফত্ত মযেক শেংনা ইদুনা (অফাওবা) খ্বাইনা খংনববা কমেন্টর্বিসু পটঞ্জলিনা ইবমই। মহাভাশ্যা কৌবা কমেটবি অসি, পানিনিনা ইবম্বদুগা অম্হা ওইনা তৌই। লেনিনগ্রেটকী প্রোফেসাব স্চার্বৎসকী (stcherbatsky) না অসুম্না ইবমই "তমজনফম ওইবা ভারতকী বিজ্ঞানিক্কী থবক্তি" পটঞ্জনিতগী মহাভাশ্যাগা কোম্নবা পানিনিগী গ্রামাবদা তাক্কী।

ভাব নিংথিনা তাদ্রবসু, যোগ হাযবসি, ইউবোপ অমসুং অমেবিকাদা হৌজিক খংনববা ৱাহৈনি, য়াম্না নিংগিজববা অভগস কযাগা, মসিগা মবী লৈনৈ; মরুওইনা ফমদুনা লৈবা বুদ্ধদেবগী শক্তমগুম যোগ শান্নবদা খোইদৌ তম্না নত্রগা নাতোন মতোন তম্না মিৎয়েং থমনৈ। হকচাংগী মবিং মবাংবা শক্তম, উৎপা, থম্মুবা, মীওই কযানা মখোয় মশামক বিষয় অসিদা নেংচুপ হাবমদা ওথোবিটি ওইগুম্না তৌর্শিন্নৈ; অসিগুম্বা মীওইনা থাজগনবা অমদি জ্ঞান তানবা কাংবুবু ওৎ-নৈবি। যোগাসন

ওইনা শেমদোক্নুনা থম্বা মওংদগী নিয়ম্না খোযনা হেন্না লুই; নিযমশিং অসি সাইকোলোজিগী ৱাখলগী মিৎয়েং মখা পোনবনি; জ্ঞানবু নিংথিনা তশ্নীবগা অৱাংবা থাক্কী জ্ঞান ফংবা ওমই। জগৎকী অমদি মশানা চুমজদুনা লৈজববা (ৱাখন্তনা লাম্না ফংদবা) হায়নবা খন্দোক্নুনা থল্লবা মেটাফিজিক্কী থিওরি নত্তনা মশাগীদমক্তা মশানা খিজবগী নিযম যোগনা নৈনে। মবমসিনা মসি চাংয়েং হাযবদুনি, চাংয়েং পাংথোক্লবগী খ্বাইদগী খুদোংচাবা মবম কয়াবু যোগসন উৎলি। যোগনা শীজিন্নবকপা নিয়ম-পথাপ অদুমক ফিলোসোফিগী নিয়ম খুদিংমক্তা লৌশিল্লি অমসুং শীজিন্নে ফিলোসোফিগী চংশিল্লকপা খোংথাংনা থিওরি ওইববদি। মবমসিনা থাজদবা সংখ্যা-ফিলোসোফি পামজবা কাংবুনা, নিয়মসিবু শীজিন্না যাই। খব মান্নববসু খবনা খেৎনববসু যোগ তশ্নীবগী মওংদা বুদ্ধ ধর্ম্মনা চাওখৎলকপনি। পটঞ্জলিগী যোগী ঠিওরিগী শকক অয়াম্বা, থা-নদুনা য়েংবদা, কয়া মান্নফাত্তে মসি মশীং থীবগী নিয়মনি। ঈশ্বরবু থাজবনা নিয়মসিগী মকওইবা শকক নত্তে; অদুন্নদি ওইবগা, অসুন্না হায়নৈ মদুদি, মশাগী ঈশ্বরবু থাজজবা মহাকপু নিংজবনা পুক্নিং চোয়দনা পুনশিনববু তেংবাংই; থবক পাংথোকপদা মতেং ওই।

যোগী অবোইবা তাংকক খবদি থম্মোইনুংগী ৱাখলগী মিৎয়েংবু লমজিংই হায়না খন্নে; নত্রগা লাই তোংবশিংনা ঙাংবগুম জ্ঞান তাহন্দনা ফংহনবা নুংঙাইনবগী ফীবম তান্না লমজিংই হায়না খন্নে। হেন্না ৱাংবা থাক্কী জ্ঞান তানশিন্নবা থোং তান্না পুশিনবা, লমজিংবা ওম্না অৱাংবা মখলগী জ্ঞান, যোগদগী ফংই নত্রগা মশাবু মশানা পংথহন্নবা শক্তি পী, হাযসিবা-মসি ঐহাক ভাব তাদে। অহানবা হাযপ্রিবা অসিদমক থোকই হাযবসি হায়রবসু অকোনবগীসিবু তশেংবা গোক্তবা নত্তে। চাং নাইদনা অভ্যাস তৌবা যোগনা লাইবকথাবা অবস্থা কবিগুম্বদা থোকহল্লি মকওইনা মীদুগী ৱাখল জ্ঞানদা অকায়বা পুবকহল্লি হায়বসি মীপুন্নমক্তা খংনববনি।

ধ্যান অমদি ৱাখল চুমশিনবগী অবোযবা তাংকক যৌদ্রিঙৈদা হকচাং ১সুং ৱাখলবু নিয়ম মতুংইন্না লাকশিনবা অভ্যাস তৌগদবনি। হকচাং ফহনগদবনি, মতিকচাহনগদবনি, যেংবদা নুংঙাইবা পোকহনগনি বাশি লৈনা নিংথিহনগনি ,কলহনগনি মপাঙ্গল ফহনগনি। হকচাং শাজেন কযামকম পীব, শাংনা, চানিংতানা কুইনা নুংশ্বাশ্বব হোনবা ওন্নবগীদমক শ্বসাধন তৌনবা নিয়ম পীবি। হকচাং শাজেন হাযবসি অবানবা ৱাহৈনি মবমদি (মশন) তোংশা কনখৎহন্নবা শাজেন কবিমতা যাওদে। শাজেনশিং অসি ফীদুপ আসন ঙাক্তনা, মখোযনা, মান্নবা মতুংইন্না, মবমচানা অভ্যাস তৌই, পোত্থায, হকচাং কনখৎহল্লি কদৌঙৈদসু হকচাং চোকথহন্দে। নিয়ম্না হকচাংবু ঙাকশেন্না থম্বনা, খোযনা ফবা হেল্লি চেপ্পোক চেনশিন, চোং ফন্দুনা ইন্ন কাওহনলি অমনা অমবু, নুংশ্বাশ্বব থবেৎ থবেৎ হোলহল্লি, শ্বব থিংনহল্লি, হকচাং কযাৎ ত্তিকথহল্লি, চাংদন্নবদা কনা'মনা, অসিগুম্বা শাজেন্দগী মমাংঙৈদা ভাবতকী ওইনা লৈবম্না হকচাং যোকখক্তুনা খিং খিং লাওনা অনম্না নিয়মদুনা হেন্না ফৈ হাযনৈ। লাক্নফানবা, ইবোইবা, শগোনতোংবা, মশা ঙাকথোকপা, তেনকাপ্পা, ভাবতকী ওইনা গদা হাযনবা জজিষসগী মওংদা লাক্ন-ফানবা, অতৈ মওং কযাগী লাকনফানবা, মতম লেনবা, শান্নবা মওং নচিংবা নিযম কযা অমা ভাবতা লৈবি। তৌইগুম্নসুং মমাংঙৈগী ওইবা আসনগী নিযম কযাদি ভাবতকী ওইনা লৈ, মসি ভাবতকী দর্শন শাস্ত্রগী মনুংচনবা নিয়ম কয়াগা মবী লৈনৈ। অসুন্না হকচাং শাজেন তৌবদা ওৎশিন্নবা তৌদনা শান্তি ওইবা অমদি লৈফম থোকপা চাং অমদা লেপ্পুনা লৈ। পুক্নিং নুংঙাইতবা তৌদনা হকচাংগী পাঙ্গলগী মযেং তাহন্দবা হকচাং ফনা, মতিকচানা থমই। মবম পুন্নমকসি য়েংলুববদি চহি মতাং পুন্নমক্তা আসন অসি শীজিন্নবা যাই, চহি যামলকলবা, অহন মতম ওইবকলবা ফাওবদা, তৌবা যাবা আসনসু লৈবি।

আসন মখল কয়া অমা লৈ। ঐহাক্তা মতম ফংবদা, খনগৎলবা আসন খবদি ওসি ফাওবদ' চহি কয়া অমা চুপ্পা অভ্যাস তৌবকলি; পুক্নিং হকচাং নুংঙাইত্রবা মতম ফাওবদা ঐহাক্তা তত্তনা চথবকপনা মদুদগী কান্নবা ফংই হায়বদা ঐহাক চিংনবা কবিমতা পোক্তে। যোগগী নিয়ম মতুংইন্না ঐহাক্তা হকচাং শাজেন তৌবদা অমদি আসন খবা তৌবদা শ্বসাধন্না মকনি। হকচাংনা তৌবা ওম্না শকক্কী ৱাংমদা ঐহাক্তা খক চথদে; মদুনা পুক্নিং ৱাখলবু ৱাহনবা অমদি কা হেন্না নুংঙাইতবা পোকহনবা লৈত্তে।

চাবা-থকপা, অচুম্বা থবক তৌবা, অরানববু থাদোকপা, অচুম্বা অফবা লাম্লেলদা চৎনবা হকচাংবু তশীবগা, লমচৎ শাজৎ শাগৎনবা যোগদা য়াওরিবদুগা অনি'সি মশা অমতনি, থাদোক্লবা য়াদবনি। অহিংসা, অচুম্বা চৎপা-ঙাংবা, ইন্দ্রি খুদুমচনবা অসিনচিংবা পূম্নমক য়াওখ্রে। অহিংসা-খুৎথোক্তবা হায়বসি হকচাং পাঙ্গল থোক্লা য়ৈনশুনবা ফু-চৈবদগী থোয়না হেনজিনখ্রবনি। মসিদা তুক্কচবা, ফজদবা, পুকচেল শেংদবফাওবা য়াওদ্রবনি।

(মথক্তা হায়খ্রিবা) পূম্নমকসি ইন্দ্রি-খুদুম চনবনি হায়না লৌনে, মথংদা ব্রাখল লাকশিন্দুনা ১সুং পুক্লিং চোয়দনা, ধ্যান তৌদুনা লিচিং অমগী মখাদা খনবা ঙমলকই; ইরোইলোয়বদা খল্লিবা ব্রাখলগী মতুংইন্না সাধারন মীনা তাদবা, তাবা ঙমই, উদবা উবা ঙমলকই; মসিনা করিগুম্বা অমবু চুমই লাল্লি হায়না প্রমান য়াওদবনা অমদি চুম্না-লানখ্রা হায়বা শুকখন খন্দনা খুদক্তা হেক্তা অচুম-অরান, তুংদা ওইগদবা থৌদোক থৌরম, খংবা, উবা ঙম্বা শক্তি ফংই।

হৌজিক্কী মতমদা যোগ অমসুং বেদান্তবু সাধন তৌবা অথোয়বা নিপা, বিবেকানন্দা যোগগী মরম অকুপ্পগী চাংয়েং, নিংহনবা লৈতনা চখরি, চাংয়েং অসিগী মপান্না অচুম্বা থিরি। " যোগগী করিগুম্বা মখল অমতনা মরমচাববু থাদোক্তে; নমথাক তৌনবা কনা'মতনা মঙোন্দা হংলোই; করিগুম্বা সম্প্রদায়গী পুরোহিতশিংদা (পুবোহিতশিংগী মখুত্তা) নহাক্কী অচুম্বা মরমচাববু শিন্ননবা কনা'মতা মঙোন্দা হায়বোই ---------- নশাগী থাজবা মরমচাববু নহাক্লা থাদোক্তনবা, মদুবু চেৎনা পায়শিন্নবা মখোয় খুদিংমক্লা নঙোন্দা হায়গনি।" যোগ অমসুং বেদান্তগী মচং ওইবা শরুক্কা বিজ্ঞানগীগা মরী নক্লবা লৈববসু মখোযনা তোঙানবা মাইকৈদা লৈনবনা মকওইবা শকক্তা খেৎনবা লাকই হায়বসি অচুম্বনি। যোগগী মতুংইন্না, যোগগী মকওইবা মচং, লমথুংফম লৌশিংশিংবনা পনখৈদে, অদুগা "ব্রাখলগা থবক্লি, থবক্তনা ব্রাখলগী মমল লৈহল্লি।" জ্ঞানগী মঙান ফংবা, খ্বাইনা উদবা-খংদববু খং-উবা হায়বসি খংনববনি অদুবু মখোয়সিনা নমথাক তৌবকপদি য়াদব্রা ? বিবেকানন্দনা (হায়) পাওখুমই মদুদি জ্ঞানগী ফংবগা অচুম্বগা তাইওন্নদেঃ— জ্ঞান'মঙান ফংববু অচুম্বা তানবদা চাওৎখৎলকপনি হায়না ঐখোযনা হায়নৈ; জ্ঞান 'মঙান ফংনবগী লম্বীসু মবমচানা অচুম্বা তানবনি ---------- অশেংবা জ্ঞান মঙান ফংবগা মবমচাবগা তাইওন্নদে। মবমচাবা অদুমক জ্ঞান 'মঙান ফংবমক্তি নত্তে।" অদুগা "জ্ঞান'মঙান ফংবদি মীওইবা পুম্নমকক্কী যাইফনবগীদমক্লি; মিংচৎকী, ফাওনবগী, মশাগী কান্ননবগী নত্তে। পৃথিবী পুম্বগী য়াইফনবগীদমক্লি মশাগী ওইজবা তানবা নত্তে।"

অদুগা "থেংনবা-খুৎমাবদগী অফ-ফত্ত খংলকপসু জ্ঞানগী হৌরকফম্নি।" বিজ্ঞান অমদি মপানথোংগী জ্ঞান তানশিনবদা ঐখোয়না শীজিন্নবিবা থিজিনবগী নিয়ম অদুমক, ধর্ম্ম তানশিনবদা চংই, শীজিন্নে। "অসুম্না হংজিন থিজিনবনা ধর্ম্মবু মাংহল্লবদি মদু কান্নদবা কাঙম থাং ওইরবা অন্ধবিসাসনি; মদু অসুক্কী মতিক থুনা মাংখ্রগা হেন্না ফবা ওই।" "মরমচানা চুম্বগী নিয়ম্না ধর্ম্মবু কোনশিনবা য়াদে হায়না ধর্ম্মপুম্বনা য়ানিংদবা করিগী উৎলিবনো কনামতনা খংদে। -------- কনাগুম্বনা হুকুম তৌবমতুংইন্না করিমতা খন্দনা লাই কোটি চনিবু থাজবদগী মরমচাবা অচুম্ববু ঙাক্লা -চৎপা ঈশ্বরবু থাজদবা মীওই কাংবুনা হেন্না ফৈ।--------- জ্ঞানগী লমখৈ লাম্থোকপা (ব্রাখল শিজিন্নদবা) মদুগী ব্রাংমদা ভাবনা পংশা শাবা ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবু অমসু লৈরি। মখোয়না তৌব অদুগুম্না ঐখোয়না তৌরবতদা মদু ঐখোয়না থাজফম থোকই, নত্রিবা মখৈ থাজরোইদৌবনি।" মরমচাবা অচুম্বা অসি হাক্লা মপাঙ্গল কন্দে, মসি অয়াম্বা মতমদা লাল্লি হায়নসু হায়। মরমচাবা 'চুম্ববু লৈত্রবদা করিগীদমক পুরোহিতশিংগী কাংবুবু অফবা লমজিংবনি হায়না করিগী খনগদৌরিবনো।" বিবেকানন্দনা মখাতানা হায়খৈ, "মরমচাবা 'চুম্ববু ঐহাক্লা ঙাক্লা চৎকনি মরমদি মসিনা শিথবক্লবতদা, মদুগী মপান্না, অচুম্ববু ফংনবগী (ফংগদৌরে হায়বগী) তানচাবা লাক্লবনি।----- মরমসিনা মরমচাবা 'চুম্ববু ঐখোয়না তান্নগদবনি লোয়ননা মরমচাবা অচুম্ববু তান্নরুবদা ঙম্লক্তদুনা থাজবগী শরুক ব্রাৎলক্লবা কাংবুগী অব্রাবা কোকহন্নবা মতেং পাংগদবনি। "রাজ-যোগ তম্বদা ধর্ম্ম অমদি থাজবা অমতা দরকার ওইদে। মদুদগী নশাগী কান্নবা ফংদ্রিফাওবা করিমতা থাজরুগনি।" *

নিংতম্বা ব্রাখল খনববু মথব্রাইনা পাম্না থাজবদগী, মরমচাবা-অচুম্বারোমদা লেপ্পা লৈতনা তকশিন্দুনা পুম্নমক থাজবগী মাইকৈদা বিবেকানন্দনা পুশিল্লক্লমই; অদুগা মহাক মশামক্কী মরৈবাক্তা অঙম্বশিংগী শুপ্পম য়াথংদগী থোরকপা ফত্তবা

কয়া মহাক্লা উবমই:"অঙম্বনা কুশি তৌনা শক্তি শীজিন্নবা লৈবাক্ত ঐহাক পোকলক্ষ্মী।" মমাংঙৈদগী লৈরকপা যোগগী নিয়ম পাথাপ অমদি বেদান্তদা য়াওবিবা মহাকনা শব্দোক্লা হন্দোক্লমই; মদুমক তৌনবগী অচুম্বা পাঙ্গল মহাক্কী লৈবমই। অদুগা অদুমওইনমক হায়বিবশিং অদু মবম কুইনা তাল্লকপা জ্ঞান অমদি মরমচাবা শকক্লা পমখৎলি; ঐখোয়না খংইবা অমদি শীজিন্নবিবা পৃথিবীগী চৎনলোন্দগী পুমতোং তোংঙানগ্রবা, সাধাবন মী অমনা খংইবা লম-ব্রাংমদা লৈপ্রবা অদুগুম্বা থব্রাই-হকচাং অমদি পুক্রিংগী ব্রাংখ্রবা জ্ঞানগী শককপু মহাক্লা ঙাংবদা নৈনবি। হায়বিবা মানা তাল্লকপা জ্ঞান অমদি চাংয়েং পুম্নমকসি ভাবতবর্ষ মনুংতদা নত্তে, খৃষ্টান ধর্ম্মচৎপশিংগী থাজবা, পার্শিয়ান-সকিমশিংগী ১দি অতৈ ধর্ম্ম কয়াগী থাজববা বেকোর্ড পুম্নমক্তা মবাং কায়না (মহাক্লা) হায়বিবশিংগী অচুম্বা য়াওবি। মহাক্লা তানশিনবা জ্ঞান্না অমগা অমগা কয়াদা নিংথিনা চুর্শিন্নবিবা মসি খ্বাইগা মান্নদবা তোপ-তোপ্পা শককনি; বোম্যান বোলগুনা থিন্দুনা তাকপগা লোযননা অসুম্না হায়, "জগৎকী লেপ্পা নায়দবা খোংচৎ, ধর্ম্ম জ্ঞানগী অযাম্বা অচুম্বদগী মতমপুম্বদা ওইবমইবা ফীবম্না, জগত্তি কযাগী অমসুং মতম মতুংইন্না ওইবকপা খেৎনববা চৎনবোলগা চপ চপ চানবকপা, মদুনা মীওইবগী জ্ঞান্না অমমম ওইনা তোমথিনলকপবু চাং য়েংলিবা, মশা মতোম্তবু (মাগী মাগী ওইবা মতপু) চাওখৎহনবা তাবা মীওইবগী জ্ঞান্দগী থোযনা হেন্না ব্রাংবা মদুনা চথবকপা মসিপুম্বনা মীওইবগী লমচৎ শাজৎ লোনচৎপু শেমগৎ শাগৎলিবা মচাক কয়াবু মযেক শেংনা শেংনা তাক্লি, উৎলি।"

অদুনা যোগ হায়বিবা মী খুদিংগী ব্রাখল পুক্রিংগী ফীবেপ্পু প্রামন চানা চুমথোক্লবা মতম কয়া চংনা তাল্লক্লবা জ্ঞানগী পবিং অমনি, অদুনা পুক্রিং লার্কশিনববু, পুক্রিং ব্রাখলগী মিৎয়েং কয়াবু অসুম্না শেমগৎ শাগৎলি। হৌজিক্কালগী সাইকোলোজিনা কদাযফাওবা, মসিবু শকক যৌনা শীজিন্নবা ঙম্লবগে হাযবা ঐহাক খংদে, অদুগা মসি ওইনবগীদমক মীওই কয়া 'মর্নাদি হোৎনবি। মখাগী অসুম্না ঔববিন্দু ঘোষনা যোগগী সঙ্গ্যা তৌবমইঃ "বাজ যোগ পুম্নমক ব্রাখলগী মিৎযেং অমদি জ্ঞানগী খোংচৎ অসিগী মতুং ইন্না -- মদুদি ঐখোযগী মনুংগী ওইবা মচাকশিং (পঞ্চভূৎ) পুম্নমক তিননাশিনবা, তিন্নাশিল্লগা থবক পাযখৎপা, অমদি মদুদগী লাকপা পাঙ্গল, - পুম্নমকসি খাইদোকপা ঙমই অমগা অমগা তিন্নহন্দবা ঙমই, ইনৌ নৌনা অমুক পুনশিলহনবা ঙমই, হান্না শীজিন্নবদা ওইথোক্কবা শককপু নুংঙাইবা বাবা ওইনা শেম্মজনবা ঙমই, মশক খঙ্খোকপা ঙমই লেংবা লৈত্রবা মনুংগী (প্রকৃতিগী) ওইবা শেমগৎ-শাগৎপগী নিয়ম্না অনৌবা মহৌশাগী ওইনা পুনশিনবা মওংদা খোবকহনবা ঙমই।"

দর্শন শাস্ত্রগী মথংগী মখলবু মিমংসা হায়না খংনৈ। মসি পূজাগী মবমদা ইবনি, লাইয়াম নিংবগা মবী লৈনৈ। হৌজিক্কালগী খ্বাইনা পান্নববা হিন্দু ধর্ম্ম ১সুং হিন্দু আইনবু মসিনা ১দি মসিগী নিয়াম্না যান্না কনশিন্নবা হীদোংই, মিমংসা অমদি মসিগী নিযমশিংনা ধর্ম্মবু হায়বদি মসিদা ইবিবা মতুংইন্না কবম্না হিংদুনা নুংঙাইনা লৈগদবগে হাযবদু তাকই। হিন্দুশিংনা লাইযাম নিংবগী ধর্ম্মসি ঙকনিংঙাই ওইবা মওংনি হায়না লৌবা য়াই; মবমদি লাইশিং, মতিক মঙম লৈববশিং অমদি মখোয়গী তোপ তোপ্পা শক্তি, অসিনচিংবসি মীওইবগী ঙমথংদা, লৈশেম-নুংশেমগী অবোইবা শকক ওইনা তৌই। মশানা মশাবু খংবা ঙম্লকপা পঙ্খুংফম লক্ষ্মী যৌনবা তান্নবকপদা মীওইনা পোকপা কাংবুনা খ্বাইদগী ব্রাংবা থাক য়ৌই হায়না হিন্দু অমসুং বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা কাংলুপ্পা থাজনৈ। নিংখাতম্না অমদি মশা মশক খংবগী থবক অসি মীওইবা মপোক্তা পোক্কুনা লাইশিংনা পাংথোকপা ঙমই। মসিগী ব্রাখল অসি লাইয়াম-লাৎপা কাংলুপকী ব্রাখলদগী তশেংনা থাপতোক্লা লৈ। বুদ্ধ ধর্ম্মগী খ্বাইদগী ব্রাংবা থাক মীওইবতনা ফংবা ঙমই হায়না ধর্ম্মসি চৎপা কাংলুপ্পা হায়।

দর্শণ মখলগী তককগুবা অমদি অবোইবা মখলদি বেদান্তনি; মসি বেদান্তদগী থোবকপনি, মওং, শক্তম কয়াবু মসিনা শেমগৎলি অমসুং চাওথোকহল্লি, অদুমম্লদি ওইবগা, জগত্তা চৎনবিবা লাই-ঈশ্বব অমতনি অনিশুদে হায়বা দর্শণদা মতম অয়াম্বদা হীদোংই। সংখ্যাদা পীবিবা পুরুষ অমসুং প্রকৃতিবু মনিংতম্বা মচাক্লি হায়না (বেদান্তনা) লৌদে, তৌইগুম্বসুং খ্বাইগী মক হায়বদি অমত ওইনা লৈবা মচাক্কী মগুণ ওইবা য়ামথোকহম্বতনি। হান্না লৈবল্লবা বেদান্তগী যুম্ফমদা অদ্বিতা বেদান্তা হায়বদি অনিশুদ্রবা বেদান্ত হায়না কৌবা মওংদা শঙ্কবনা (শঙ্কবাচার্য্যনা) শেমগৎলক্ষ্মী। ঙসি হিন্দুধর্ম্মগী মকওইবা দর্শণগী শক্তম অমা লৈবিবসি, হায়বিবা (শঙ্কযাচার্য্যগী) দর্শণ অসিনি।

মেটাফিজিক্সী মিৎয়েংদা আত্মন, অমত-ওইবা থৱাই ওইনা, অচুম্বা অমতনি, তশেংবা লাই অমতনি, হায়বসিনা মসিগী (বেদান্তগী) হৌফমনি। খুৎমাবদি (কর্ত্তদি) মহাক্তনি, অতৈদি খোংবান-চেনবনি। অসিগুম্বা খুৎমাবসি (পরবাত্মাসি) জীবনচিংবা পোৎ খুদিংদা শিনবা থুংনা লৈ; অমখক্তসিনা কবম্না অশুক য়ামথোকইবা অমুকসু অমতা ওইনা পুনশিন্দুনা লৈরিবা, মসিবু উবা ফংদ্রিবা খায়দোকপসু ঙমদবা পূম্নমক অসি লোল অমতা তোপ্পা লৈতে, মওং কয়ামকম্না পংখৈ ওইববসু লৈবিবসে অমত ওইবা আত্মানি মতোম্তনি (পবমত্মার্তনি)। অসিগুম্বা আত্মানা জগৎকী অমত ওইববা অহাংবা শরুক ওইবগুম খরুং অমগী মনুংগী অহাংবগা মসিগা চাংদম্নৈ। শক্তম, থবক ওইনা পুথোক্লবগীদমক্তদি মসি অমগা অমগা খেৎনৈ হায়না লৌবা য়াই তৌইগুম্বসুং খেৎনবিবদু অদুম্না নক্তে ভাবনা শাবনি। পবমাত্মাগা তিন্ন তোৎনদুনা অমতা ওইবনা, অমতা ওইবিবা শরুক্তবু খংনবা নিংতম্বনি (নিংতম্বা পংখৈ লৈতবা জ্ঞানতনা খংগদবনি)।

ঐখোয়গী অকোয়বদা ঐখোয়না উবিবা পৃথিবীগী ফীবম, অমত ওইবা অবেপ্পসিগী মমিনি, নত্রগাল চাংয়েংগী শাসনগী মখাপোনবা পাকচাওববা মালেমলৈমগী মথক্তা তাবকপা, মহাক্কী মমিনি। মসিবু (মামসিবু) ময়াং কৌই; মসিবু অবানবা শক্তম অমদি লান্না থাজবনি হায়না লায়া অর্থ তৌই। তৌইগুম্বসুং মসি শুৰ্কলৈ লৈতবা নত্তে। থৱাই পানবা অমসুং পান্দবা অনিগী মবক্তা লৈবা মওংনি। মবী তৎনদনা লৈবা মখল অমা ওইবনা অমসুং ঐখোয়গী মবক্তা মবী লৈবিবনি। মদুওইববদি সংসাবসিদা কবিনা অফবনো কবিনো ফত্তবনো ? মখোয অসিসু মওং লৈতবাসিগী চুম্না তাবা ছায়া মসি ওইগদৌবিব্রা ? চাংয়েং অমদি থিজিনবগী লোয়বা লৈত্রিবা, ঐখোয়না লৌবিবা সংসাব অসিবু, অসিমক ঙাইবে মতাগুম, খাযদোক্তুনা যেংবদা মখোযনা ওইনিংবা ওইবা যাববফাওবদা, চৎনলোনগী তোঙান তোঙানবা মওং খুদিংদা মকওইবা লেংদবা অমদি মবৈবি। লেংলিপাল্লিবশিংনা তৌবা থবক খুদিংগী মখোযসিগা মবী লৈনৈ।

মীওইবগী চৈ-খল্লবা জ্ঞায়া মপান নাযদ্রবা পোৎশকপু শরুক খবদং নত্তনা পুম্নমকপু ভাবনা শাজিনবা ঙম্বা নত্তে। অদুম্নদি ওইবগা চৈখল্লবা চাংজৌ নাযববা শক্তম অমদি শক্তমগী চাংককলবা জ্ঞান-পুম্নমক, পোলোয়দা, চাংজৌ লৈত্রবা অসুপ্পদা তিংশিংনখি। মবমাসিনা ধর্ম্ম মওং অসি ঙম্না মবী লৈনৈ, মীওইবনা মানা ঙমজবা মতুংইন্না নিংনিংবা নিংদুনা অন্নিংবা খন্দুনা ওইন্নিংবা অদু শেম্নবা অধিকাব লৈ।

জাত্তিগী লৈজবা অমদি তানশিল্লকপা জ্ঞান পূম্বা উত্তুনা, জাৎ (ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শুদ্র) খায়দোকপদা হিদোংদুনা ব্রাহ্মণ ধর্ম্মগী মখাদা শেম্না, মীওইবগী সমাজবু শক্ষয়ানা যাই। কবিগুম্বা জাৎ অমগী মনুং চনবা মীতনা খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্কী জ্ঞানবু ফংবা ঙমগনি হায়না মহাক্লা হায়বমই।

শঙ্কবাগী ৱাখল অমদি ফিলোসোফিদা খ্বাইনা খয়বিবা ৱাখলবু য়ানিংদবা, মীওইবগী মশাগী নিংতম্ববু তত্তনা থিবিবা মীওইবগী সাধাবণ শক্তিতবু পুথোক্লিংবা য়াওবি, শক্তি অসি মী খুদিংমক্কী পম্বুংফাম্নি হায়না মহাক্লা লৌই। মশাগী ওইজবা থাদোকপা অমদি নায়তোম হোৎনববু, তত্তনা ইনশিনবসু য়াওবি।

শঙ্কবা, অঙ্কপা মপাঙ্গল লৈবা, থবক য়ামনা কনবা মী অমনি। কদায়দা, কনাদা কবি থোকইবগে খন্দবা, মশা মতোম্তা মী ওইনবা লাক্লদুনা, বন জঙ্গলগী মাচ 'মদা নত্রগা মযুমদা লৈথোকপা, অচুম্বা-অওইববু নাথৈবা মীওই নত্তে। ভাবতকী লাপ্পবা খা ভাবত্তা লৈবা মালাবাবদা মহাক পোকই; মশীং লাকঙমদ্রবা মীগা উন্নদুনা, মবৈ-য়েৎনদুনা অচুম-অবান থিদুনা, মবমচানা ঙাংদুনা, মীপুম্নমকপু থাজহন্দুনা, অঙ্কপা ফংনা কান্নববা মকওইবা অতোপ্পা অমনি হায়বা মশামক্লা পামজবা অদুগী শরুক খরদং মীপুম খুদিংনা য়েংন্দুনা, লেপ্পা লৈতনা মহাক্লা ভাবত শিনবা থুংনা কোয়বমই। মহাক্লা শন্দোকইবদু মুন্না ভাব তাবা, কেপ কোমেবিন্দগীনা হিমালয চীংজাও ফাওবদা লৈবিবা অপুম্ববু মাগী থবক্কী লমনি খঞ্জবা, তশেংবা নিপা অমনি মহাক, হায়বিবা ভাবতকী লম পুম্বসি মান্নবা কলচবগী ওইবা, মসিনা মপাম্বোংদা তোঙান তোঙানবা শক্তম কয়া উৎলবসু, ধৰ্ম্মগী মান্নবা ৱাখলদা লুপ্পবা লৈবাক অমা ওইনা মহাক্লা উবমই (লৌবমই)। মহাক্কী মতমদা ভাবতকী লৈজবা ৱাখলবু ওৎনৈদুনা তোঙান তোঙানবা ইচেন কয়া থোক্লা লৈরম্বদু পুনশিন্নবা মহাক্লা কন্না হোৎনবমই। খেৎনবা, মান্নদবা, কয়া থোবকইবদু অমত ওইবা মিৎয়েং মখাদা পুশিন্নবা মহাক্লা কয়া হোৎনবমই। চহি কুম্নানিথোইগী তেল্লবা পুন্সিগী মনুংদা

শাংলবা মী অমগী পুন্সিদা তৌরম্নগুম মহাক্কা থবক কয়া তৌরমই; গুসিমক ময়েক লানা লৈরবা মাগী শক্তিন য়াওরবা ৱাখলগী অমদি খ্বাইদগী মীথোয় মীহেনবা মশাগী মগুণগী লীরবা খুদম মহাকনা থনমই। মহাক অঙ্কপা ফংনা শিনগুরবা নিপা অমনি, মশামক ফিলোসোফরসু ওই পণ্ডিতসু ওই, ঈশ্বর লৈ হায়বা মহাকনা থাজদে অদুম্নদি ওইরগা ঈশ্বরগী শক্তিবুদি থাজে, মহাক কবি অমনি লোয়ননা মাধুশু ওই, পুম্নমকসিগী মথক্তা থবক্কী লমদা অনৌবা পুথোকপা নিপা অমনি লোয়ননা শিল্লাংবদা হৈ-শিংলবা নিপা অমনি। ব্রাহ্মণ ধর্ম্মগী লৈজবা নিয়ম কয়াগী মনুংদা, ইহান হানবা ওইনা ধর্ম্মগী নিয়ম তরা মহাকনা শেম্নমই, মদুগী মনুংদা মরি অমদি গুসিফাওবা নিংথিনা চংনরি। ভারতকী চিথেক-কাচিন মরিদা, অমগা অমগা লাপ্নহন্না লাইনিংফম লাইশং মরি মহাক্কা লিংখৎলমই। মরিগী মনুংদা অমনা খা-রোমদা মহিশুরগী মনুংচনবা শৃঙ্গেরিদা লৈ, অমনা নোংপোক-সমুদ্র মপান্দা পুরিদনি; অহুমশুবনা নোংচুপ সমুদ্র মপান্দা কাঠিএৱারগী মনুংচলবা দ্বাকরনি অদুগা মরিশুবদুনা হিমালয় চীংনুংদা বদবিনাথদনি। শারবা খা মাইকৈদগী লাকপা ব্রহ্মণ অসি মশাগী চহি কুম্লানিথোয় শুবদা, হিমালয়গী উনতনা ফীরক থুম্নবা চীংদোন 'থক্তা শিখি।

চংথোক-চংশিনগী মতেং পুম্বনা তপলিঙৈ, অমদি থায়নগী ওইরিঙৈ, লংফৈ চংপনা খুদোংথীবিঙৈ মতম'দুদা, পাকচাওরবা ভারত শিনবা থুংনা শঙ্কবানা য়াম্না থাপ্না চংলম্বদি মদুগী মরমদা খংনবা মবম অমা লৈরমই। লাপ্না খোংশানবগী ৱাখল মফম পুম্নমক্তা লৈরিবা মবীমতাগা উন্নবগী মরম, ভারত পূম্বদা লৈরিবা লাইরিক হৈবশিংগী অমতা ওইরবা সংস্কৃত লোম্না (মীয়ামগা) মখোয়গা গুাংনবা,------- অসিনা কুইরবা থায়নগী মতমদু ফাওবদা ভারতকী মরুওইরবা একতা পুবকখি। মতমদুদা অমদি মদুগী মমাংদা অসিগুম্বা খোংচৎ চংনবমদবা নত্তে; তোঙান তোঙানবা লৈবাক কয়ামরুম থোক্কা লৈবম্নবসু, মীশিংনা মফম অমদগী মফম অমা তান্না চংলমই, অনৌবা লাইবিক কয়া থোবকলমই; নৌনা পুথোবকপা ৱাখল অর্মদি থিওবিনা লৈবাক শিনবা থুংনা থুনা শন্দোলমই ; মদুগী মরমদা মীয়াম্না পাম্না ৱাবি শানবমই, অমদি য়াম্না কন্না যেৎনবমই। লাইবিক হৈবা মীওই খবতগী মনুংতদা খয়-নৈনবা অমদি জ্ঞানগী ওইবা পুন্সি লেনবা নত্তে-মশীং লাকগুমদ্রবা চুম্নগী মীশিংফাওবা অতৎ-অখম লৈতনা পাক্কা শন্না লৈপ্রবা লাইফম অমদি তীর্থ লৈবা মফমশিংদা চংনবমই; বামায়ন মহাভাবতকী মতমদগী অমদি মদুগী মমাংদগী হৌনা লৈবাক অসিগী মফম শিনবা থুংনা তীর্থ অমদি লাইফম লৈরকলি। মফম অমদগী মফম অমতান্না চত্তুনা, তোঙান তোঙানবা মফমশিংগী মীশিংনা অমগা অমগা উন্নদুনা লৈবাক অসিদা এক্তা অমদি অমত ওইবা কলচব লৈ হায়বদু তাকলি। অসুম্না চংপসি ইনাক কৈবাক খুনবা মীশিংতগী মথৌদাং ওইবমদে; জাৎ পুম্নমক্কী, কাংবু খুদিংগী (লাইববা-ইনাকখুনবা খায়দনা) নিপা-নিপিশিংনা তীর্থ চংনবমই। তীর্থ চংলিবা মীশিংদুগী মপুক্লিংদা ধর্ম্মগী মতুংইন্না তীর্থ চংপগী মবম কয়া 'মা লৈবম্বদি য়াই অদুবু; ছুটি মতমদা (থবক কোম্নকপদা) নুংঙাইথোকপা, হবাও তয়াম্বগী নুংঙাইবা খুদোংচাবা অমদি লৈবাক্কী তোঙান তোঙানবা মফমশিং য়েংবা ওইনা গুসি খন্নরিবা অসিগুম্ববা মতমদুদসু অদুম মখন্নবমই। তীর্থ খুদিংদা ভাবক্তা লৈবাক জাত্তি পুম্নমক্কী মী পুম্নমক মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা ফীজেৎ চাকচা, চাৎনরোনগা লোয়ননা অমদি তোঙানবা, মান্নদবা লোন লোন্দুনা অমতা ওইনা পুম্নমই, মখোয় মশাগী ওইবদু মশা মশানা অমদি মীপুম খুদিংমক্কা ভাব তানরমই; মান্নবা খ্বাইগী ওইবা লোন্না ৱা গুাংনরমই; মফম খুদিংদা ময়াম অমতা ওইনা হেক পুনশিল্লমই। অসুম্না পুম্না উন্নবসিদা খা অমসুং অৱাংগী মান্নদবা লোন্না থুগাইবা গুমদবা পল ওইবা গুম্নমদে।

অসুম্না তৌবসি থায়নদগীনি, চিংননিংঙাই লৈতনা শঙ্করানা মদু মুম্না খংলমই। ময়ামগী অমত ওইবা ৱাখল অমদি জাত্তিগী একতাগী ৱাখল থোয়না হেনগৎহনবা শঙ্করানা পাম্নমই। জ্ঞান, ফিলোসোফি অমসুং ধর্ম্ম মরী লৈনবা থৌদোক কয়া পাংথোক্লম্মী; লোয়ননা লৈবাক পুম্বা শিনবা থুংনা, হেন্না কনশিম্না একতাগী ৱাখল লৈহন্নবা মহাক্কা লাক্করম্মী। তোঙানবা ধর্ম্মগী নিয়ম কয়া মাংহন্দুনা জ্ঞানগী লম্বীদা চংশিন্নিংবা মীশিংবু চংহন্নবা ফিলোসোফিগী ওইবা লাইশংগী থোংজাও লাওনা হাংদোক্তুনা মীয়াম্না পাম্নবা মওংদা তোঙান তোঙানবা মখল মথেন কয়াগী থবক মহাক্কা পাংথোক্লমই। খা, 'ৱাং, নোংচুপ মাইকৈ মরিদা চাওরবা ধর্ম্মগী লাইশং মরি শাদুনা কলচরদা অমতা ওইনা পুনশিনবা ভারতকী ৱাখল শেমগৎপদা মহাক্কা মথৱাই য়াওনা পাম্নমই। লৈবাক 'সিগী মফম মরিদা লৈরিবা তীর্থ মরিন অসিদা মফম পুম্নমক্তগী যাত্রিকশিংনা মমাংঙৈদা অতৎ অখম নায়দনা চংনরমই; হৌজিক ফাওবসু চংনরি।

মমাংঙৈদা লৈরম্বা ভাবতবাসিশিংনা কয়াদা নিংথিজনা মখোয়গী অশেংবা তীর্থ মফমশিংসি খল্লমইবনো ! মফম অসি মতম চুপ্পদা প্রকৃতিগী ফজবনা কোযশিনবা নিংথিজবা জগাণ্ডাক ওইনা তৌই। কশ্মীবদা লৈবি উন্না কুপশিল্লবা অমবনাথকী (শুবং) গুহা, কেপ কোমোবিন মনাক্তা বামেশ্বরদা ভাবতকী তুল্লবা খা-থংবা শকক্তা লৈবি ব্রহ্মচাবীনী ওইবী দুর্গগী মন্দিব লৈবি বেনাবস, তশেংনা, লৈবি হবিদ্বাব, হিমালয় চীংজাওগী চীংখোংমক্তদা, চাওববা চীংজাওগী চীংলমদম থদোক্তুনা মফম অসিদগী হৌনা চেষ্টবকলি লৈতে মান্নববা লমদমদা, লৈবি প্রয়াগ (এলাহবাদ), মফমসিদা উন্নবিবা গঙ্গা অমসুং যমুনানা, যমুনাগী মপান লমদমদা লৈবি মথুবা অমসুং বৃন্দাবন, মফমশিংসে মবী লৈনবী কৃষ্ণগী ব্রাবীগা, লৈবি বুদ্ধ গয়া; মফর্মসিদা বুদ্ধানা জ্ঞান ফংখি, মসিদা নত্তনা মফম কযা'ম লৈখ্রি খা-বোমদা। থায়নগী ওইবা লাইশং কয়াদা মকওইনা খা-বোমদা অফাওবা মূর্ত্তি কয়ানা অমদি লাইযেকপা হৈববা কাংবুনা থনম্বা হৈ-শিংলবা খুদম্না লৈতেংলি। তীর্থ ওইবম্বা মফমশিং অসিবু য়েংবদা থায়নগী ওইবা ভাবতবর্ষগী খুৎ-শা হৈবগী খুদম অমদি জ্ঞানবু উবা ঙমই।

ভাবত্তা পাকশন্না শন্দোক্তুনা লৈবা বুদ্ধ ধর্ম্মবু লোযশিনবদা শঙ্কযানা মতেং পাংলমই হায়না হায়নরমই; মপানা মচাবু কোনবশি মচিনমনা ও কোন্নবগুম মতমদুদা লৈবম্বা বুদ্ধ ধর্ম্ম ব্রহ্মণ ধর্ম্মদা লুপশিনখিবমই। শঙ্কবাগী মমাংদগী হৌনা ভাবত্তা বুদ্ধ ধর্ম্মন মবাই চায়থবকলবনি। শঙ্কাবাবু যাদবা য়েংথিনবা ব্রাহ্মণশিংনা মহাকপু অবোনবা ফীজোন্না শকলোৎপা বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা নিপা অমনি হায়বম্মী। বুদ্ধ ধর্ম্মনা মহাকপু কন্না খুৎ চর্নশিনখি হায়নবদুসু অচুম্বনি।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## তরামঙাশুবা তাংকক

# ভারত অমসুং চীনা

ভাবত অমসুং চীনা অনি অমগা অমগা নকশিন্নবসি বুদ্ধ ধর্ম্মননি, অনিগী মরক্তা লৈনবা মবী হেনগৎহনবসু ধর্ম্মসিগী মপান্ননি। অশোক্না পান্দ্রিঁঙৈ মমাংদা অসিগুম্বা মবী লৈরম্বা হায়বদু ঐখোয় খংদ্রে। অদুগা চীনাদগী পুবকপা মুগাগীদমক ঈশিং লম্বীদা (সমুদ্রবোমদা) চত্তুনা লল্লোন-ঈতিক তৌনবস্বগুমদি তৌই। লৈবাক অনিসি লাল্লোক লানশিন্নদুনা চংথোক-চংশিন শোয়দনা তৌনরম্বা য়াই; মমাংঙৈদা মীশিংনা মফম অমদগী অমদা চৎনবমই; ভারতকী নোংপোক সীমনাদা মঙ্গোসীয়া জাৎকী কাংবু কয়া অমা (মঙ্গোলীয়া মানবা কাংবুনা) লৈবমই। মসিগী খুদম অসিমক নেপালদা লৈবি। আসাম (মমাংঙৈগী কামরুপ্তা) অমসুং বেঙ্গোলদা লৈবিবাসিমক প্রমাননি। ইতিহাস য়েংদুনা হায়ববদা অশোক্কী ধর্ম্ম শন্দোকপনা মমৈ পুংহনখিবমই; বুদ্ধ ধর্ম্মনা চীনাদা শন্দোবকপনা চহি ১,০০০ গী মনুংদা অতৎ-অখম নাযদনা তীর্থ যাত্রিক অমদি পণ্ডিত কয়ানা চীনা অমসুং ভাবত অনিদ্বা চৎথোক চৎশিন তৌনবকলি। গোবি মরুভূমি শমদুনা, মধ্য এশিয়াদা লৈবা চীংজাও অমদি লমজাও কয়া শমদুনা, হিমালয় লান্দুনা, শাংলবা, খুদোংথীবনা থল্লবা অব্রাংবা খোংচৎ কয়া মখোয়না চৎলম্মী। লমখাংদা ভাবতকী অমদি চীনাগী মী কয়া'মা শিখি। (মতমদুদা ইবস্বা) বেকোর্ড মতুংইন্না তীর্থ যাত্রিক চামগী মনুংদা মবিফুতবাবোম শিখি হায। মী কায় 'মা মখোয়গী খোংচৎ অদু মপুং ফানবা হোৎনদুনা য়ৌনিংবা পম্বুংফম যৌখিদে হাযববু মখোয অমুক হল্লকপা তৌখিদ্রে য়ৌবা লম-লম অদুদা অদুম খুন্দাখি। অতোপ্পা লম্বী অমসু লৈরমই; মদুসু খুদোং চাবা নৎলমদে, খব মখৈদি শমই হাযবদি য়াই; লম্বী অদু ঈশিংলম্বীনি- ইন্দ চীনা, যাভা, সুমাত্রা, মলয় অমসুং নিকবব দ্বিপশিং শোক্লা চৎপা লম্বীনি। লম্বীসি তোয়না চৎনবমই; করিগুম্বদা কনাগুম্বা যাত্রিক্না কংফালেলামদা চৎলগা ঈশিং লম্বীবোমদা হন্নবমই। মধ্য-এশিয়া শিনবা থুংনা অমদি ইন্দুনেশিয়াগী শরুক অযাম্বদা বুদ্ধ ধর্ম্ম অমসুং ভাবতকী কলচর শন্দোক্লমই; পাকচাওরবা লমশিং অসিগী মফম কয়াদা শিনবা থুংনা চাওববা লাইশং কয়া অমদি লাইরিক তম্ফম কয়া লৈবমই। কংফান অমদি ঈশিং লম্বীদা চৎপা ভাবত অমদি চীনা যাত্রিকশিংনা লম্বীশিংসিগী করি কবিগুম্বা মফম য়াবেকফম অমদি মখোয়বু তবামনা ওকফম কয়া অমা লৈবমই। কবিগুম্বা মতমদা চীনাদগী লাকপা পণ্ডিতশিংনা ভাবত য়ৌরক্তিঙৈদা ইন্দুনেশিয়াদা লৈবা ভারতবাশিশিংগী লৈফমদা সংস্কৃত তমদুনা থা কয়ামরুম লৈথোক্তুনা মখোয়গী খোংচৎ থুগায়নবমই।

চীনাদা চৎখিবা ভারতকী পণ্ডিতগী ইহান হানবা রেকোর্ডতি খৃঃ ৬৭ তা বার্ত্তন তৌবক্তুনা নিংথৌরেল মিং-টি'না পানবা মতমদা চীনা য়ৌখিবা কাশ্যপ মতঙ্গ বেকোর্ডনি। লো তুরেন মপান্দা লৈবা লো য়াং কৌবা লমদা মহাক খুন্দাখি। ধর্ম্ম বক্ষনা মহাক্কা লোয়নরমই। বুদ্ধভদ্র, জিনাভর্দ, কুমারজিভা, পরমার্থ, জিনাগুপ্ত অমসুং বুদ্ধ ধর্ম্ম মতুং চহিশিংদা চৎখিবা অফাওবা পণ্ডিতশিংগী মনুংদা শিংথানবা য়াবা পণ্ডিতশিংনি। মখোয় খুদিংমক্না লম্বোইবা অমদি শিষ্য কাংবু অমমম মখোয়গা লোয়ননা পুখিরমই। অসুম্না হায়নৈ মদুদি মতম অমদা ভারতকী বুদ্ধ লম্বোইবা ৩,০০০ দগী হেন্না অমদি ভারতকী য়ুমবানবা নিপা-নিপী ১০.০০০ দগী হেন্না লো-য়াং লমদমদতা (লৈরম্মী) খুন্দাখিরমই।

চীনাদা চৎখিবা ভাবত-পণ্ডিতশিংনা সংস্কৃত্তা খুৎনা ইবা লাইরিক কয়া অমা মখোয়গা লোয়ননা পুখিরমই; লাইরিকশিংদু চীনালোন্দা হন্দোকখিরমই; মদুতসু নত্তনা চীনালোন্দা লাইরিক কয়ামরুম মখোয়না ইখিরমই। পদ্য য়াওবা লাইরিক কয়ামরুম চীনাগী সাহিত্য ওইনা ইদুনা মখোয়না চাওরবা থৌদোং য়ারমই। খৃঃ ৪০১ দা চীনাদা চৎখিবা কুমারজীভ,

অতৎ-অখম লৈতনা লাইরিক ইবা পণ্ডিত অমনি; তোঙান তোঙানবা লাইরিক ———— খক মহাক্ল ইবম্বা ঐখোয়না থেংনৈ। মহাক্লা ইবা চীনাগী লোনগী লৈতেং য়ামনা ফজে। ভাবতকী অফাওবা পণ্ডিত নগবজুনগী পুস্সিগী ৱাবী মহাকনা চীনা লোন্দা হন্দোক্লমই। তরুকশুবা খৃষ্টাব্দগী তংখায় চন্দ্রকপদা জীনাগুপ্তনা চীনাদা চৎলমই। সংস্কৃতকী লাইবিক ৩৭ খক মহাক্লা চীনা লোন্দা হন্দোক্লমই। মহাককী বুদ্ধি লৌশিংবু অশুক্কী মতিক থাগৎনবমই, ত-মাং শাংগেগী নিংথৌরেন অমা মহাক্কী সেবক ওইবমই।

চীনা অমসুং ভাবতকী মবক্তা হন্দোক হঞ্জিন চৎনবা লম্বী অমা লৈবমই; চীনাগী পণ্ডিত অয়াম্বা লম্বী অশোমদা চৎনবমই। মখোয়না চৎপা খোংচৎকী মবক্তা ইদুনা থনম্বা কাংবুগী মনুংদা খ্বাইনা মুয়া খংনবদি -কা-হীয়ান (কা-মিয়ান), সং য়ুন, হুয়েন সাং (চুয়েং চুৱাং) অমসুং আই-সিং (য়ি-সিং) নি। ৫ শুবা খৃষ্টাব্দদা কা-হিয়ান ভাবত্তা লাক্লমই; চীনাদা লৈখ্রবা কুমাবজীডগী সেবক্কি মহাক। ভাবতকীদমক খোংশান্দ্রিবঁদা মাগী ওঝাগী (গুরুগী)মফমদা বিদায় লৌবা লাকপদা কুমাবজীবনা মঙোন্দা হায়খিবদু, তাবদা নুংঙাইববা ৱাবমনি। ধর্ম্মগী জ্ঞানতমক তানশিন্দুনা, মহাক্কী মতম পূম্বা নুংশাংনা লেনগনু হায়না কুমাবজীবনা মঙোন্দা হাযবমই; ভাবত্তা লৈবা মীবু অমদি ভাবতবর্ষবু মপ্'' মবে ফানা চীনানা খংলবা, ভাবত্তা লৈবা মীগী লমচৎ-শাজৎ অমদি পুস্সিগী অকুপ্পা মবম খংজিন্নবা লাক্লগদবনি। পাটলিপুত্র বিশ্ববিদ্যালযদা ফাতিযাগা লাইবিক তমলমই।

ভাবত্তা লাকপা চীনা লমবোইবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মমিং চৎপদি হিউয়েন সাংনি; খৃষ্টাব্দ তবেৎ শুবদা চীনাদা ত-যাং শাংগেনা চাওখৎনা পাল্লিবঁদা অদুগা অৱাং থংবা ভাবত্তা হর্ষবর্দ্ধন্না পাকচাওববা সম্রাজ অমা সাশন তৌবিবঁদা মহাক লাক্লমই। হিউয়েনসাংনা, গোবি মরুভুমি শমদুনা টুর্ফান অমসুং কক্তা, টাস্কেণ্ড অমসুং সমবকণ্ড, বালখ, কেটবন অমসুং যার্কাণ্ড লাম্ছোক্লনা হিমালয় চীংজাও শর্মজিন্দুনা ভাবত্তা লাকই। মহাক্লা থেংনবকপা খুদোংথীবা, মশাগী মথৌনা, মধ্য এশিযাদা লৈবা বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা নিংথৌ অমসুং অচৌবা লাইশং অমদি মথৱাই যাওববা বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা টর্কশিংগী মবমদা মহাকনা ঐখোযদা হাযবমই। ভাবত্তা লৈবিবঁদা মহাক্লা লৈবাক অসি শিনবা থুংনা চৎলমই, মফম খুদিংদা মহাক্পু ইকাইখুম্নবমই; মহাকনা চৎলুবা মফম খুদিংগী অমাদি থেংনবা মীশিংগী মবমদা মানা কুপ্পা যেংশিন্দুনা ইবমই; তাবা নুংঙাইববা ৱাবি কযাসু মহাক্লা ইবমই। পাটলিপুত্রদগী পংলাপ লাপ্তনা লৈবা লালন্দ বিশ্ববিদ্যালযদা চহি কযামকম মহাক্লা লেপ্লমই; হীরম কযাগী বিষয তম্বগীদমক বিশ্ববিদ্যালয 'সি মমিং চৎলমই, লৈবাক অসিগী লাপ্লবা কাচিন কোযাদগী ফাওবা ছাত্রশিংনা বিশ্ববিদ্যালয়সিদা লাক্লবমই। ছাত্র অমসুং লম্বোইবা ১০,০০০ হেন্না মফমসিদা লৈবমই হায়নৈ। হিউয়েনসাংনা মাষ্টব ওফ লোগী উপাধি লৌবমই, মমৈথংদা বিশ্ববিদ্যালযগী ভাইস প্রিন্সিপল ওইখি।

হিউয়েনসাংগী লাইবিক "সি-যু-কি" হাযবদি নোংচুপ লমদম (ভাবত) কী মবমদা ইবা পাবদা পুক্লিং হুনিঙাই ওইবা বেকোর্ডনি। চীনাগী কোনুং সি এন-ফুনা লাইবিক লাইশু হৈবা অমদি কলাকাবগী মক ওইবা মযাইথোকপা মীতিনফম ওইবিবঁ মতমদা য়াম্না চাওখৎলবা মমিং চৎলবা লৈবাক অসিদগী লাকপা নিপা অসিনা, ভাবতকী ওইবা বিববন ১সুং ফীবমগী মবমদা ইবা, লৈনবম্বশিংদু কান্ননিংঙাইনি। হেক হৌবগী মথং মথং বিশ্ববিদ্যালয ফাওবদা তম্নবম্বা লাইবিক অমসুং মতমদুগী মবমদা মহাক্লা ঐখোয়দা হায়বম্মী; মফমদুদা তম্নবম্বা জ্ঞানগী ওইবা বিষয মঙাদি (১) ব্যাকবণ (২) খুৎ-শা হৈবগী বিজ্ঞান (৩) হিদাক-লাংথক (৪) লোজিক (৫) ফিলোসোফি নি। ভাবতমচাশিংনা মহৈ তম্বদা মথৱাই য়াওবা উবদা মহাক ঙকলম্মী। লম্বোইবা অমদি পুবোহিতশিংনা ওঝা ওইবনা, অহানবা লাইবিক তমখৎলকপা মতাং নিংথিনা পাকশন্দোকলম্মী। ভাবত্তা লৈবা মীগী মবমদা মহাক্লা হায়বম্মী, "মহৌশাগী ওইনা নুংঙাই-থোকপা ওইনা উরুবসু মীচমদা ফাওবা সম্মান উৎনবম্মী, পুকচেন শেংই, ইকাইখুম্নবদা মতিকচাই। শেনথুম শীজিন্নবদা হৈ-শিংই, মীনম শোবিনদে; শাসন অমদি বিচাব তৌবদা ৱাখল মমুৎতানা খঁছে। ------------------ লমচৎ-শাজৎতা তমথীদে মীনম্নদে, হায়নখিবা-ৱাশক-শরুখিবদা থাজনৈ। শাসনগী নিয়ম-আইন শীংথানবা য়ানা ফজে; লমচৎ ফজে অমসুং তপই। যেক্লবদা অমদি মবান লৈবা মীফাওবদা ব্যবহাব ফজনৈ. মবান শিন্নবা য়েংথিনবা শুকলৈ লৈতে, মতাংন চাবক্তবদি য়াম্না তমথী।" মখাতানা মানা হায়, "লৈবাক

শাসন্না ফজবা নিয়ম আইনগী মখা পোনবা শাসনগী থবক তৌথোবকপদা চমই ------------ প্রজাশিংবু নমদুনা থবক শীজিন্নদে। প্রজাদগী লৌখৎপা খাজনা য়ামনা য়ামদে। ---------- লল্লোন ইতিক্লা মশীঙ্গাং ওইপ্রবা লল্লোনবশিংনা মখোয় মখোয়গী লল্লোনপোৎ পুদুনা চৎথোক-চৎশিন তৌই।"

খুৎনা ইবা লাইবিক কয়ামকম পুদুনা হিউয়েনশাংনা মহাকনা লাকপা লমবীবোমদা মধ্য এশিয়াবোমদা হনখি। খোবাসন, ইবাক, মোসুল অমসুং সাইরিয়গী ঙমখৈ ফাওবদা পাক্লা শন্না বুদ্ধ ধর্ম্ম শন্দোকখিবগী তশেং তশেংলবা শক্তম, মহাক্লা ইবম্না শকক্তগী, মী অমনা লায়না খংবা ঙমই। বুদ্ধ ধর্ম্মনা মবাই চাযথবকপা মতমদা আরবতা ইশলাম ধর্ম্ম চৎপা হৌগৎলক্তুনা লমদম অদু শিনবা থুংনা ইসলাম ধর্ম্ম শন্দোকলমই। ইবান্দা লৈবা ফীবাংগী মবমদা হিউয়েনসাংনা থব্রাই যাওনা য়েংশিন থিজিল্লমই, "মঁহে পুম্বদা মখোযনা থৌশবমদে অদুম্নদি ওইবগা খুৎ-শা হৈবা থবক্তা মথব্রাই লুপ্নমই। যুমথংনবা লৈবাকশিংবু মখোয়না য়াম্লা কান্নহল্লমই।

মমাংঙৈদগীনা মতুংতাবফাওবদা পুন্সিগী ফজবা অমসুং বাশি হাপকৎনবা লাক্রবদা ইবান্না মপুক্রিং; চংলমই; অসিগুম্না, লৈবাক অসিগী হৈশিংবনা এশিয়া ফাওবা শন্দোক্লমই। গোবি লৈকংলাগী মনাক্তা (মপান্দা) লৈবা পীক্রবা লৈবাক তর্ফানগী অঙ্কপা মবম হিউয়েনসাংনা ঐখোযদা হাযবমই; ইকুই কুইদনা, অমুক হেন্না লৈপাক তৌথোক্তুনা থায়নগী ওইবা পোর্থেথবা কাংবুদগী ঐখোয়না খংবা ঙমই। চীনা, ভাবত, পার্শিযা, অমদি গ্রীক্কী থায়নগী ওইবা চাওখৎ পোংথাংবু নিংশিংহনবা, মমন য়াল্লবা পোৎচং কয়াবু উৎপা, কলচব কযা 'মা মফম অসিদা লাক্লমই অমদি অমত ওইনা পুনশিন্দুনা লৈবি। লোন্না (ব্রাহৈ ব্রাতানা) ভাবত অমসুং ইবান্দগী পুবা ইন্দু-ইউবোপীয়ান্নি; মতাং খবদা ইউবোপকী কেল্টিক্কীগা থান্নে; ধর্ম্মনা ভাবতগী শন্দোকখিবনি; যুম্বান কৈবান্না চীনাগীনি; মখোয়না শজিন্নবিবা কোললিক্লা ইবানগী য়েক খোৎলবা কলাকাববু মশক তাকপা কৌনবি। বুদ্ধগী মূর্ত্তি অমসুং অয়েকপা শক্তম অমদি লাই অমসুং লাইবেন্দ্বীশিংগী মূর্ত্তি অমসুং অযেকপা লাই ফজনা লাই-যেকই; মূর্ত্তি ১সুং লাইশিংনা শেৎ চাবা ফীজোন্না ভাবত্‌কী ওইনা তৌই অদুগা কোক্কী লৈতেংনা গ্রীক্কীনি। মেন্সিয়াব গ্রোমেৎনা হায়, "হিন্দুগী অচুম্না, গ্রীক্কী ব্রাঙাং হৈবা, চীনাগী শুমহৎপা বাশি, লাইবেন্দ্বীশিং অদুনা, পুন্না নুংঙাইবা মওংদি উৎলি।"

হিউয়েনসাংনা মাগী মবৈবাক্তা হনখিবদা মবৈবাককী নিংথৌবেন অমসুং প্রজাশিংনা মাবু তবাম্না ওকখি, মহাক্লা ইদুনা, পুবকপা লাইবিকশিংবু (মবোন্দা) হন্দোক্তুনা চনিং তানা পুন্সি লেনখি। চহি কয়াগী মমাংদা মহাক্লা খোং শান্দোক লমদাইদা নিংথৌবেন তয়াংনা উফুল খুজোক অমা, থক্রবা পোত্তা য়ানশিন্দুনা মাঙোন্দা পীবগা অসুম্না হায়খি, হায়বা ব্রাবী লৈঃ "কপ (তেঙ্গোঙ) অসি থক্রগা নহাক মঙ্গল ওইগনি মবমদি ঐখোয়না হায়নদ্রনে মদুদি মবৈবাক্কী লৈপাক খুজোক অমনা মীবৈবাক্কী স্না পাউণ্ড লিশিং তবাদগী হেন্না মমল য়ামই।"

হিউয়েনসাংনা ভবত য়েংবা লাকপদা চীনা অমসুং ভাবত্তা মহাকপু নিংথিনা সম্মান তৌবনা, লৈবাক অনিগী নিংথৌশিংগী বাজনিতিদা মবী লৈনহল্লমই। কনৌজগী হর্ষর্দ্ধব অমসুং নিংথৌবেন ত-য়াংনা মাগী মাগী বাজদুত থানবমই। হিউয়েনসাং মশামক তৎ-ন-থা-নবা লৈতনা ভাবতকা মবী লৈবম্মী; ভাবত্তা লৈবা মরূপ মপাংগা চিঠি চৎনবমই; খুৎনা ইবা লাইবিক থাদোক থাজিন তৌবমই। সংস্কৃত্তা ইবা পাবদা নুংঙাইববা চিঠি অনিখক চীনাদা নিংথিনা থমলি। অনিগী মনুংদা চিঠি অমদি খৃষ্টাব্দ ৬৫৪ দা ভাবত্তা লৈবা ষ্টাবীব প্রাজনাদেব কৌবা বুদ্ধ পণ্ডিত অম না হিউয়েনসাংদা ইবম্বনি। তবাম্না ওকপা ব্রাহৈ অমসুং চান্নবা মরূপ মপাংশিংগী পাওজেন অমদি সাহিতিক ওইবা শকক ইরবা তুংদা মহাক্লা মখাগীসি হায়না ইবম্মী," ঐখোয় মশেন কাওনদ্রি হায়বা উৎপা ওইনা, অত্তৌবা ফী জুড়া অমা ঐখোয়না নঙোন্দা থাবি। লম্বীনা লাপ্পনা পীবিবা খুদোন অসি য়ামদে পীকই খনবীগনু। মসি নহাক্লা লৌবীগনি হায়না ঐখোয়না আশা তৌজবি। দবকাব ওইবা য়াবা সূত্রশিং অমদি সাস্ত্রশিংগীদমক্তদি চানবীদুনা ঐখোয়দা লিষ্ট অমা থাবিবকই। ঐখোয়না শিন্দোক্লগা নঙোন্দা থাবক্কনি।" হিউয়েনসাংনা মাগী পাওখুম চিঠিদা হায়বকই, "ভাবত্তগী হন্দক্তা হল্লকপা বাজদুত্তগী ঐহাক্লা তাবদি ওঝা'চৌবা শীলজদ্র লৈখিদ্রে হায়। পাওসি

তাবদা হায়ফম খংদনা বাবনা ঐহাক ফুম্বংনবমই।--------------- ইশাগা কোম্ননা হুয়েনশাং ঐহাক্লা পুরকপা সুট-সান্ত্রশিংগী মনুংদা যোগচার্য্যভূমি-শাস্ত্র অমসুং অতৈ লাইবিক কুম্ভাখক হন্দোকপা লোয়বে। শিন্দু তুরেন লানবদা লুববা লাইবিক ময়োম অমা মাংহৌই হায়না নঙোন্দা ঐহাক্লা ইচম চম্না খংহঞ্জবি। চিঠি অসিগা ফাজিনমিন্নদুনা লাইরিক্কী লিষ্ট অমা ঐহাক্লা হৌজিক নঙোন্দা থাজবি। খুদোংচাবা তাঞ্জা ফংবীববদি লাইবিকশিং অসি ঐঙোন্দা থাবীবক্লবা নখোয়দা ঐহাক্লা হায়জরি। কবিসু লৈত্রবা পোৎ খবা খুদোনপোৎ ওইনা ঐহাক্লা থাজবি। পোৎশিংসে চানবীদুনা লৌবীয়ু।"

ললন্দ বিশ্ববিদ্যালয়গী মবমদা হিউয়েনসাংনা ঐখোয়দা য়াম্না হায়বমই, মসিগী মবমদা ইবম্বা কয়ামসু লৈরি। চহি খবগী মমাংদা ঐহাক্লা চৎলুবা মতমদা অমদি খুৎনা হকপা ললন্দগী থায়নগী অমন-অকায় উবদা, বিশ্ববিদ্যালয়গী পাকচাওবা অমদি উয়োম চাওনা শাগদবগী লাংঙম্বদুনা ঐহাক য়াম্না ঙক্লমই। মসিগী শকক অমখক্তদি মথক কুপ্পমদে; অতৈ মফমশিংদি মফমচানা লৈবঙাক্লি, মসিগী শকক খবদা বাং চাওববা নুংগী দলান কয়ানা কোয়শিল্লবা অচৌবা বায়েনশং কয়ামকম লৈবমই।

হিউয়েনসাংনা চীনাদা শিখ্রবদা চীনাগী অফাওবা জাত্রিক অমা ভাবত্তা লাক্লমই (মহাক্কী মমিং) য়িং-সিং কৌই। খৃষ্টাব্দ ৬৭১ দা মহাক যাত্রা তৌবকই, হুগলিতুবেন তাফমদা লৈবা তাম্রালিপাটি কৌবা ভাবতকী মফম য়ৌবকপদা চহি অনিবোম চংলমই। মহাক ঈশিং লম্বীদা লাক্লমই, সংস্কৃত তমদুনা শ্রীভোগদা (সুমাত্রাদা লৈবা হৌজিক্কী পালেম্বাগ কৌবা মফমদা) থা কয়ামকম মহাক্লা লমদল্লমই। মহাক্লা ঈশিং লম্বীদা লাকপসিগী মবম খবা লৈবমই, মবমদি মতমদুদা বাজনিতিগী অহোংবা অমা লাকপনা মধ্য এশিয়াদা খুদেংগীবা ফীবম খবা লৈবগুম তৌবমই। লম্বীগী মফম খবদা মথাং য়ৈনা লৈবম্না মরূপ মপাংগী ওইবা বুদ্ধ লাইশং খবা লৈবমদ্রে। ভাবতকা অতৈ লৈবাকশিংগা মবী লৈনবনা, অমদি তত্তনা লল্লোন ইতিক তৌমিন্নবনা অদুগা ইন্দুনেশিয়াদা ভাবতকী লোয়লম মশীং হেনগৎলকপনা সমুদ্রগী লম্বীনা খুদোংচাবগুম তৌবমই। মহাকনা ইবম্বদগী অমদি নতৈ অইবা খবদগী উবদি পার্শিয়া (ইবান), ভাবত, মলয, সুমাত্রা অমসুং চীনাদা, মতমদুদা, চাং নাইনা জহাজ চৎলমই। পার্শিয়াগী জহাজ তোংদুনা ফ্রাংটংদগী অহানবদা সুমত্রাদা য়ি-শিংনা লাক্লমই।

ললন্দ বিশ্ববিদ্যালয়দা মতম শাংনা য়ি সিংনা লাইবিক তম্লমই, সংস্কৃত্তা ইবা লাইবিক চা-কয়ামা মহাকনা পুখি। বুদ্ধ ধৰ্ম্মগী পূজা অমদি উসব মেলাগী অকুপ্পা মবোনবু মকওইনা মহাক্লা থবাই য়াওনা য়েংশিল্লমই; মসিগী মবমদা অকুপ্পা মবোন মহাক্লু ইবমই। শেৎ-চানবা ফীজোন চীঞাক অমদি চৎনবোনগী মবমদা মহাক্লা ঐখোয়দা য়াম্না হায়বমই। গেহুনা অবাংভাবতকী মবাংকায়না ফংবা চিঞাক্লি, হৌজিকমকসু ওইবিবনি; চেংনা খা অমসুং নোংপোক ভাবতকী চিঞাক্লি। কবিগুম্বদা শা চাই অদুবু মতম পুম্বদা নত্তে। অতৈ মবমদা ইবদগী বুদ্ধ লম্বোইবশিংগী মবমদনা য়াম্না হেন্না য়ি-শিংনা ঐখোয়দা হায়বম্মী।) মফম খুদিংদা ঘী (মখন্দগী লৌবা) থাও, শঙ্গোম, শঙ্গোমপান ফংই তল অমসুং উঁহে মবাংকায়না ফংই। ভাবতবাসীশিংনা পূজা মখল খববু য়াম্না শেংনা লৌই হায়না মদুগী মরুওইবা কান্নবদু য়ি-শিংনা ইবম্ই। অতৈ জাত্তিশিংগা লমদম মঙা পুলশিল্লগা ওইবা ভাবতকা, হৌজিক মকওইনা খৎনবসি অশেংবগা অমাংবগা অনিগী তোপ-তোপ্পা খেৎনবগা অল্পানি। চীনাদা চৎনবিবা, চাবদগী লেম্বদু নিংথিনা থমজিনবদু ভাবত্তা চৎনবিবা নিয়ম্না (চৎনবী চৎনবোম্ন) য়াদে।"

য়ি-শিংনা ভাবতপু মহৌশা ওইনা নোংচুপ হাবম (সি-ফাং) হায়না হেক হেক হায় অদুমদি ওইরগা ঐখোয়দা মহাকনা হায় লম অসি আর্য্যাদেশ হায়না খংনৈ, "আর্য্য" হায়বদি পুকচেন চাওবা, "দেশ" হায়না লৈবাক পুকচেন চাওবা লৈবাক হায়বসি নোংচুপকী ওইবা মমিংনি। পুকচেন চাওবা লমচৎনা মবমচৎ ওইববা মীশিংনা মীবোন মথং মথং ওইনা লৈবাক অসিদা লৈবকপনা মমিং অসি অসুম্না কৌখিবনি। মমিং অনিমক হায়দুনা লৈবাক অসিবু মীয়াম্না থাগৎনৈ। মসি মধ্যদেশ হায়বদি ময়াই থোকপা লৈবাক হায়নসু কৌই মবমদি লৈবাক লিশিং চামগী ময়াই লৈবা লৈবাক্লি। মীপুম্নমক্লা মমিং অসিমক য়াম্না পামনৈ। অবাং হাবমগী মী (সিন-টু) ওনাব পুকচেন চাওবা লম "হিন্দু" কৌই, তৌইগুম্বসুং মসি ময়ামগী অমত ওইবা মিং নত্তে; মসি চুম্নগী লাইবিক্কীত ওইবা মিংনি, অদুনা মসিগী তোপ-তোপ্পা অর্থ লৈতে। ভাবতবাসিশিংনা মিংথোন অসি খংদে, অদুবু 'পুকচেন চাওবা' হায়বসিমক ভাবতবর্ষগী খ্বাইদগী হেন্না চপ চাবা মমিংনি।

য়ি-সিংনা 'হিন্দু' হায়রিবা অসিমক তাবদা নুংঙাইবা পোকই। মহাক্না মথাতানা হায়, "মী খরনা হায়, "ইন্দুনা" থা-বু খংনৈ, অদুগা ভারতবর্ষবু হায়বদি ইন্‌গদু (য়িন-টু) বু" চীনানা কৌরিবা অসিমক মসিদগী লৌথোকপনি (থোরকপনি)। মসিবু অসুম্না খংনরবসু মসিমক খ্বাইনা খংনবা মিং মক্তি নত্তে। ভারতনা চীনাবু গ্রেট চৌ (চীনা) হায়বদি চী-না মিংথোল্লি; মসি চুম্নগী মিংনি, মসিগী তোপ-তোপ্পা অর্থ লৈতে।" কোরিয়া অমসুং অতৈ লৈবাকপু সংস্কৃত্তা কৌনবা মিং কয়া মহাক্না পল্লমই।

ভারতকী ওইবা পোৎ কয়ামরুম অমদি ভারতপু থাগৎলিবা অসিদগী য়ি-শিংনা তশেংনা উৎল্লি মদুদি মহাক্না মাগী পোক্নফম লমদম চীনাবু খ্বাইদগী হেন্না ৱাংনা থাঙ্গৎলি। ভারতবর্ষনা চাওবা লৈবাক ওইবা তারম্লবসু চীনাদি লাই-লৈবাক ওইরম্মী। ফজরে শেংলে হায়না শরুক মঙানা শারবা ভারতবর্ষগী মীশিংনা মথোয় মশেনগী ওইনা য়েংদুনা চাওথোরকচরমই। তৌইগুম্বসুং থম্মোই-শেংন-ৱাংবা, সাহিত্যদা চাওখৎপা, মচাকমরন লৈবা, চাংচত্তা মান্নবা, অমদি থাইনগী মীকৌ-মীরম, উসব, চাক-ইস্সাংমহাও, মীনুংশিচাওবা, অমসুং ধর্ম্মচেনবা—গুণশিং অসি চীনাদত লৈ; করিগুম্বা অতৈ লৈবাক অমতনা চীনাবু লম্বা ঙমদে। "শিংলি-নাওবি-হকচাংদা শোকপনববু থুনা ফহনবা, মৈ-ইকপা য়োৎনা ওপরেসন তৌবা, মিন্থন কাংলোন্দা হৈ-শিংবা অসিনচিংবা লাইয়েংবগী থবক্তা ভাবতকী করিগুম্বা শকক্না চীনাদগী হেনবা লৈতে; মতম শাংনা পুন্সি নুংশাংহন্নবা হিদাক চীনাদতা ফংই। ---- মীগী ফজবা লমচৎ-শাজৎ অমদি পোৎকী মগুণ য়েংলুরগা চীনাবু লাই লৈবাক কৌই। লৈবাক মঙানা শাবা ভারতবর্ষদা লৈবাক কনানা চীনাবু থাগত্তবা য়াওবগে ?

অবিবা সংস্কৃত লোন্না চীনাগী নিংথৌরেনবু দেব-পুত্র (লাইগী মচা) কৌই মসিগী চপচাবা অর্থদি (সন ওফ হেবন) স্বর্গ-মচা হায়বনি।

য়ি-সিং মশামক অফবা সংস্কৃত পণ্ডিত অমনি, লোন অসিমক মহাক্না থাগৎলমই; খা অমসুং অৱাংদা লৈবাক লৈবাকশিংদা লোন অসিবু ব্যবহার তৌনরমই হায়না মহাক্না হায়রমই। --- লাইবেবাক্কী মীশিং (চীনা) অমদি স্বর্গগী পুকৈ ওইরম্বা ভারতনা লোন অসিগী তশেংবা নিয়মশু মশিদগী হেন্দোক থোয়দোক্না করম্না তম্বীগদৌবিবনো ! * সংস্কৃত তম্বশিংদা, চীনা শিনবা থুংনা, বৃত্তি পীবমই। চীনা-পণ্ডিতশিংনা সংস্কৃতকী উচ্চারণবু চীনা-লোন্দা পুশিনগদৌবগী হোৎনবমই তাবদা নুংঙাইবা পোকই। ত-য়াং শাগৈনা পাল্লিঙৈদা লৈরম্বা শোন-তয়েন লম্বোইবনা তৌরম্বা অদুমক মীয়াম্না খংনরবা লায়রবা খুদমনি। চীনা লোন্দা ময়েক্কী লোল্লমবু শেমদোক্নবা মহাম্না হোৎনরমই।

ভারত্তা বুদ্ধ ধর্ম্মনা শিথরকপগা লোয়ননা ভাবত অমসুং চীনা-পণ্ডিতশিংনা ভারত অমসুং চীনাদা চৎথোক-চৎশিন তৌনবসি তশেংনা লেপ্পকখি; অদুম্নদি ওইরগা ভারত্তা লৈবা বুদ্ধ ধর্ম্মগা মরী লৈনবা অশেংবা মফমশিং (তীর্থশিং) য়েংবা যাত্রিকশিংনা করি করিগুম্বদা চীনাদগী লাক্লমই। খৃষ্টাব্দ ১১ শুবা চহি অমদি মতুং চহিশিংদা রাজনিতি-লালহৌ মরক্তা বুদ্ধ লম্বোইবা কাংলুপ কয়া কয়ানা খুৎনা ইবা লাইরিক মপুন মপুন পুদুনা নেপাল তান্না চৎখি অদুগা হিমালয় লান্দুনা তিব্বেৎ য়ৌখি। অসুম্না মমাংঙৈদা ভারতকী লিরবা লাইরিক্কী অয়াম্বা শরুক চীনা, তিব্বেৎ তান্না পুনখি; মফমশিং অসিদা ইকুই কুইদনা লাইরিকশিং অদুমক পুথোক্নরকখি অদুগা লাইরিকশিং অদুগী অর্থ হন্দোক্নবা শরুক্তা য়াম্না তোয়না পুথোক্নরি। ভারতকী লিবরা লাইরিক কয়া, তিব্বেৎ লোন্দা হন্দোক্নবা বুদ্ধ ধর্ম্ম নত্তনা ব্রাহ্মণ ধর্ম্মগা মরী লৈনরবা লাইরিক কয়া অমা, পাঞ্জিগী লাইবিক, অঙ্ক, হিদাক-লাংথক অসিনচিংবা লাইরিকশং চীনাদা মাংদনা থমজিল্লি। চীনাগী সুং-পত্তদা অসিগুম্বা লাইরিক ৮,০০০ লোম লৈ হায়না খন্নরি। অসিগুম্বা লাইরিক অসি তিব্বেত্তদি য়াম্না লৈপ্রে। ভারত, চীনা, অমদি তিব্বেৎ-পণ্ডিতশিংনা অমগা অমগা তোয়না মতেং পাংনরমই। বুদ্ধ ধর্ম্মগী শিনফমগী ওইবা ৱাহৈ-ৱাতা ইবা সংস্কৃত-তিব্বেৎ চীনাগী ৱাহৈ-পুকৈ (ডেক্সনারী) হৌজিক লৈরিবা অসিমক পণ্ডিতশিং অসিনা মতেং পাংনরম্বগী শিংথানবা য়ারবা খুদম্লি। মসি খৃষ্টাব্দ মাপল-তরা শুবদগী হৌখি (ষ্টাবদা ইখিবনি) মমিংনা মহাভূৎপত্তি কৌই।

চীনাদা লৈবা থেংনখিবা অবিবা ছাপা তৌরবা লাইরিকশিংগী মনুংদা খৃষ্টাব্দ নিপান থাবা লাইরিকশিং পুম্না সংস্কৃত্তা ইবা ঙাক্লি। উদা হক্তুনা শাবা ছাপাগীঙাক ওইনা তৌই। তরা শুবা খৃষ্টাব্দদা ইম্পোবিয়েল প্রিন্টিং কেমিশন থোবকখি চীনাদা, মদুগী মপান্না, সুঙ কুমজা ফাওবদা ছাপা তৌবগী থবক য়াম্না থুনা চাওখৎলম্মী। ভাবত-চীনা পণ্ডিতশিংগী মবক্তা নকশিন্নবা মরী লৈনবমলবসু, চহি চা-কয়া চুপ্পা খুৎনা ইবা অমদি ছাপা নম্নবা লাইবিক কয়া লৌথোক লৌশিন তৌনরমলবসু, মতম অদুব্রাইদা লাইবিক ছাপা তৌবগী ভাবত্তা কবিগুম্বা প্রমান অমতা ফংদবসি অঙ্কপা অমনি অমদি হায়বদা লুনা থোকই। য়াম্না কুইগ্রবা মতমদা উফম্না ছাপা তৌবসি চীনাদগী তিব্বেৎ যৌবকলমই; হৌজিক ফাওবা মফমদুদা (তিব্বেত্তা) চৎনবি হায়না ঐনা থাজে। মোঙ্গোল হায়বদ য়ুইন শাগেনা পানবা মতমদা (১২৬০-১৩৬৮) ছাপা তৌবসি চীনাদগী ইউবোপ্তা তম্মখি। অহানবদা জর্ম্মনদা ফংখি মতুংদা ১৫ শুবা খৃষ্টাব্দদা অতৈ লৈবাকশিংদা শন্দোকখি।

ইন্দু-আফগান অমদি মোগোলনা ভাবত্তা পানবা মতমদা চীনা অমসুং ভাবত অনিগী মবক্তা মতম মতমগী ওইবা লৈবাক অনিগী লৈনবা মবীগী হৈ-শিংলবা য়ানবা লৈবমই। অববকী অফাওবা লমকোইবা, ইবন বটত্তাবু চীনাগী কোর্ট্তা এম্বেসেডাব ওইনা দিল্লিগী সুলতান, মহম্মদ বিন তোভলোক্না থাবমই (১৩২৬-৫১)। মতম অদুদা বেঙ্গলনা দিল্লিগী ব্রায়েনচৈ লাক্তুনা লংথোকখি অদুগা নিংতম্না সুলটানগী লৈবাক ওইখি। ১৪ শুবা খৃষ্টাব্গী য়াইচল্লপদা হ্-শিয়ন অমসুং ফিন-শিয়ন কৌবা এম্বেসেডাব অনিখক চীনাগী কোর্টনা বেঙ্গলগী সুলতান্দা থাবকখি। মসিনা লমজিং ওইদুনা সুল্টান গিয়াস উদ্দিন্না পানবা মতমদা বেঙ্গলদগী চীনাদা এম্বেসেডাব কয়া অমা মথং মথং থাবা হৌখি। মসি চীনাদা মিঙ্ নিংথৌবেনশিংনা পানবা মতমদনি। খৃঃ ১৪১৪ দা সিয়েক উদ সিনা (চীনাদগী) থাখিবা কাযনথংগী এম্বেসি অমনা মমল য়াম্নবা খুদোনপোৎ খবা পুবকখি মদুগী মনুংদা অহিংবা জিবাফ (মখোং মঙক-শাংবা শা) অমা য়াওখি। জিবাফ অমা মতৌ কবম্না শিদনা ভাবত যৌহল্লকইবনো হায়সি অঙ্কপা অমনি। তৌবদি মদু খুদোন-পোৎ ওইনা আফ্রিকাদগী পীবকপনি; অতাংবা থাগৎপা অমা ওইনা মদু মিঙ্ নিংথৌ-ন্দা অমুক পীখিবনি। মদু তশেংনা চীনাদা য়াম্না থাগৎনবমই; কনফুসিয়স ধর্ম্ম চৎপশিংনা জিবাফপু মঙ্গলগী খুদম্নি হায়না খন্নবমই। শা অদুমক ফিবাফমক্লি হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে, মবমদি, মসিগা মবীমক লৈনদ্রবসু, মুগাদা চীনানা মসিগী লাই (ফিবাফকী মূর্ত্তি) হাপলি। লাই অসিবু য়েকপা কোর্টকী কলাকাবনা মসিগী মবমদা শাংনা থাগৎ ব্রাহৈ ইবি লোয়ননা শা অসি হেক পুবকঙৈদগী ওইবকপা লাইবক ফবাগী শককসু ইবি।"মন্ত্রিশিং অমদি প্রজা মীযাম্না মসি (জিবাফ) যেংগদবগী তিল্লমই; মখোয়গী নুংঙাইবদু লোয়বা লৈতে।"

বুদ্ধ ধর্ম্মগী মতমদা চাওখৎলম্বা ভাবত অমসুং চীনানা লল্লোনমিয়বম্বদু, ইন্দু আফগান অমদি মোগনগী মতম ফাওবদা অদুম চখনবমই; লল্লোনপোৎ কয়া তৎনবা লৈতনা শিন্নবমই। অব্রাংথংবা হিমালয়গী চীংলম্বী লাম্না অমদি মধ্য ভাবতকী উটকী মান্নবা লম্বী মতুং ইন্না চক্তুনা কংফানগী লম্বীবোমদসু লল্লোন ইতিক তৌনবমই। খা-ভাবতকী বন্দবশিং অমদি খা নোংপোক এশিয়াগী দ্বীপ কয়ামকম ফাওনা সমুদ্রগী লম্বীদসু চাওনা লল্লোন্নবমই।

ভাবত-চীনা অনিনা চহি লিশিং কয়া হেন্না অমগা অমগা মবী লৈনবকপসিদা জ্ঞান অমসুং ফিলোসোফিতদা লৈবাক অমনা অমদগী তম্নবত নত্তনা পুন্সিগা মবী লৈনা বিজ্ঞান অমদি কনা (খুৎ-শা হৈবা, অকে-অমৌ) কযাগী মবমদসু তমথোক তমশিন্নবমই। চীনানা ভাবতপু তম্বী তাকপীবদগী ভাবতনা চীনাবু তাকপী তম্বীবনা হেল্লমই। অদুবু নুংঙাইহৌদবদি চীনাগী মপুংমবৈ ফাববা সাধাবণ জ্ঞান ভাবতনা মশাগী ওইনা তানশিনহৌগদবনি অমদি মদুগী মপান্না, ভাবতনা মশাগী ওইনা কা-হেন্না সক-মক তৌববু থিংলমগদবনি। চীনাদি ভাবত্তগী য়াম্না লৌহৌই; মহাক্না লৌনিংবা মওংদা, মশানা থাজবা অমদি লৈজবা মপাঙ্গল মতুংইন্না লৌখিবা ঙাক্লি অদুগা পুন্সিগী মতাং চাবা মফম মফমদা মতাং চানা শীজিন্নবমই।* বুদ্ধ ধর্ম্ম অমদি ধর্ম্মসিগী মনুংহুঞ্জিনবা ফিলোসোফিগী শকক্তা কনফুসিয়স অমসুং লাওজ ধর্ম্মশিংগী নিযম পথাপকা তিনশিনবমই। বুদ্ধ ধর্ম্মগী ফিলোসোফিগী ফত্তবা শকক্তমক উবা কাংবুনদি চীনাগী লমচৎ-শাজৎ অমদি পুন্সিগী অপাম্ববু নমথহনবা অমদি হোংহনবা ঙমলমদে। অসুম্না হায়নবা চীনাগী লিববা পাওবৌ লৈঃ– "সবকাবগী খুত্তা তাববদি নহাকপু শিদ্রিফাওবা চৈনা য়ৈগনি; বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপশিংগী মখুত্তা তাববদি নহাকপু শিদ্রিবা ফাওবা চবা হেনহনগনি।"

ওউ-চঁএল-ইন্না ইবা 'মোংকি' কৌবা ১৬শুবা খৃষ্টাব্দগী চীনাগী ফাওরবা উপন্যাস (অর্থর ওরালিনা ইংলিসতা হন্দোকপা) অদুদা হিউয়েনসাংনা ভারত্তা চৎপা খোংচৎতা থেংনবা অঙ্কপা নুংঙাইরবা থৌনাফব মতাংবু নৈনদুনা ইরি। ভারত্তা কৎথোকপনা লাইরিক অদুগী অরোইবা শরুকনিঃ "লাইরিক অসি বুদ্ধগী শেংলবা লমদমদা ঐহাকনা কচ্চরি। মসিনা তেংবাংলিবা মীওই অমদি গুরুগী থৌজানগীদমক মসিনা লমন শিংবা ওইসনু; শিপ্রবা অৱা অনা তারবা মীশিংগী অৱাবা কোকহনবা ওইসনু।"

চহি চা-কয়া চুপ্পা অমগা অমগা মরী লৈনদ্রবা তুংদা, ব্রিটিনা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনিগী শক্তিগী মখাদা অঙ্কপা লাইবক ফবা অমদগী ভারতকা চীনাগী অমুক মরী লৈনরকই। মতম শাংনা ভারতনা মসি খংদুনা লৈবা তারমই; লৈনরিবা মরী চৈনাদা পংশাং শাংলমদ্রে তৌইগুম্বসুং অসুম তৌনা তৌনা মসিনা লান থোকহল্লমই।

অদুবু হৌজিক লাইবক্কী (লৈরিবা) লৈরিবা চকানা মুনংফানা লৈশিল্লকলি; ভাবত অমসুং চীনানা অমকু হন্না অমগা অমগা উনরকলে মতম কয়াগী মমাংদা লৈখিবা নিংশিং ৱাখলনা মখোয়গী মপুংক্লুংদা ফাওনরকলি। লৈবাক অনিসিবু তোঙান তাহল্লম্বা চীংজা ও লান্না চত্তুনা, চীংথক লান্না পাইদুনা, যাত্রিক অনৌবা কয়ানা অমুক হন্না চৎপা হৌনরকলে; থম্মোইনুংগী নুংঙাইবা অমদি হরাওবা পাওজেন মহৈ মহৈ পীনবকলে; মতম শাংনা তুং কোইনা লৈবগদবা মৱাপশান্নবগী মবী অদু লৌহৌবনা অমুক লৈহল্লে।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## তরাতরুককশুবা তাংকক

# খা-নোংপোক এশিয়াদা ভারতকী লোয়লম অমসুং কলচর

ভারতপু খংগে অমদি মুন্না খংজিনগে হাযববদি মফম অমসুং মতমগী হৌখ্রবা শকক্তা ঙম্নমখে লাপ্পা য়ৌশিন্না চংশিনবা তাই; অবাবা, পুকচেন পীকপা, নুংঙাইতবা পূম্নগা লোয়নববা হৌজিক ওইবিবা ফীবম ঙহাক কাওথোকপা তাই, মহাক্তা (ভারতনা) কবি তৌখিবা কবম ওইবম্না, মদুগী রাবি তেনতকপা অদু থিজিনবা তাই। রাবিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা ইবমই, "ইবৈবাক মশক খংগে হায়ববদি মশাগী (ইবৈবাক্কী) শক মশানা খংনা মপোক অমদা ওইবম্না মশাগী ফীবম পংখৈ ফাওবা খংবা য়াবা, মতম (যুগ) অদু ফাওবা চংশিনবা তাবনি। পুন্সিগী অঙ্কপা ইপাক্তা তাওদুনা লৈবম্না, লোন্নবা সমুদ্র মপানগী মীশিংবু মিকপ থোকহন্দুনা মখোযমক্কীনী হাযনা মহাকপু (ভারতপু) মশক খংহন্নবগীদমক নোংপোক থংবা মাইকৈবু পুমঙান ঙালহল্লন্না অদুগুম্না মঙান মশেক্তা মশাগী শক্তম্নু মপুংফানা উৎলম্না অদুগুম্না যুগ তান্না চংশিনবা তাবনি। মফম খংদ্রবা অমম্বগী পীক্লবা কবিকব মনুংদা, নায়তোম তাবগী অবাবা নাপল্লক্তা, জ্ঞান মঙান মাংখ্রবা, তুংগী যাত্রিক কনাদগীসু পাও ফংদ্রবা, হৌখ্রবা থৌদোক্ত। অর্থ য়াওদনা মশাবু নোংলৈগুম লৈশিন লৈশিন পুখিবনা, মবোন লৌবা যাদ্রবা, লংলা লংজিন পুনখ্রবা, জ্ঞান যাওদ্রবা রাখলগী ইবৈনুংদা - মশা মতোম থুপচিনজদুনা লৈখ্রবা মতমদা চংশিল্লবনা মশক খংবা ঙম্লোই।

ফজবতনা মহাক্কী ওইবা, মহাক্কী শক্তি, মহাক্কী মপাঙ্গল পম্নমক্কী লেংদ্রবা খুদম থনমদুনা, হীবম খুদিংদা ভারতনা শন্দোক্লম্না এশিয়াগী লৈবাক পূম্নমক্তা মশানা নত্রবসু রাখলনা শিনবা থুংনা কোইবত নত্তনা, মতম কযাগী (হৌখ্রবা যুগ কয়াগী মমাং ওইনা চংশিনবা তাবনি। ঐখোয়গী ভারতনা হৌখ্রবা যুগ কযাদা পাংথোকখিবা অচৌবা থৌদাংবু ঐখোয় কনানা খংইবগে (রাখলদা) জ্ঞান্দা ফিলোসোফিদা ভারতনা রাংলমচৎ য়ৌবমলবদি থবক্কী লমদসু মান্ননা অচাওবম য়ৌবমগনি হাযবসি ঐখোয় কনামতা খংদ্রবনি। পোক্লফম লমদমদগী লাপ্পা লৈখ্রবা, ভারতগী চৎখিবা নিপা নিপীশিংনা শাগৎলম্না, ইতিহাস অদুমক হৌজিক ফাওবা অদুম ইবা তাবনি। মতম কুইদ্রবা ইতিহাস অসি ভূমধ্যসাগবগী অকোযবা তাবিবা লৈবাকশিংগা মবী লৈনৈ, অদুগা মধ্যযুগ অমসুং হৌজিক মতমগী ইতিহাসতি খৎনগল্লবা ইউবোপকী পীক্লবা মহাদেশকী ওইনা ( খুৎচনবা ওইনা) তৌই হায়না নোংচুপ হাবমগী মী অয়াম্বনা হৌজিক নিংনবি। ইউবোপ্তবু শিংথানবগুম, অমদি অতৈ মহাদেশশিংবু অতোপ্পা মওংদা (কান্নদবা মওংদা) পুথোক্তুনা হৌজিক মখোয়না তুংদা ওইবক্কদবা ফীবম লেপলি।

সাব চার্লস ইলিওটনা ইবমই, "পৃথিবীসিদা ভারতকী ফীবম্নু ইউবোপকী ইতিহাসশিংনা শেবান্নানা (বিচাব চুমদনা) লৌবে, ইতিহাসশিং অসিনা ভারত্তা লান্দাবকপশিংগী ওৎ-নৈববু (মথৌনাবু) থাগৎনা ইবি, ভারত্তা লৈবা মীশিংদি পাংদে, মং-মংদুনতা লৈবা কাংবুনি, সমুদ্র অমসুং চাওববা চীংজাওনা অতৈ মীওইবা জাতিগা তিন্নহন্দে, হায়বা রাখল অমা ইতিহাসশিং অসিনা পোকহল্লি। হিন্দুনা, জ্ঞানগী লানফমদা মাইপাকপগী মবম অমতা অসিগুম্না (ইতিহাসকী) ঋবিবদা মমি তাহন্দে। বাজনিতি-লানফমদা মখোয়না (জয় তৌখিবা) লানঙম ফীবান থেংখিবদু যানিংদবা য়াবোই (তুক্কচফম থোক্তে), অসিগুম্না মিংচৎ অসি লম-শাংনা শিংথানবা যাবনি, খুদুম চনখিবা লৈবাকশিং অমদি পাকচাওবা নত্রবসু ----- ভারতকী জ্ঞানগী চাংদম্নবদা লাম্নীগী নত্রগা লল্লোনবগী লানজংদি কবিসু লৈতবনি।" *

ইলিওয়েৎনা ইবা মতমদা ভারতকী অমসুং এশিয়াগী থায়নগী ওইবা ৱাখলগা পোৎলমদা লৈনখিবা শরুক হুন্দক্তা ফংখিবা অদু মহাক্লা করিমতা খংদবগুম তৌই। থেংনদুনা পুথোকখিবা অদুগী জ্ঞান্না মহাক্কী অয়েৎপা শরুকপু মপাঙ্গল হাপলমগদবনি, ফংখিবশিং অদুনা ভারতকী জ্ঞান শন্দোক্লস্বতা নত্তনা মপান-লমদা লৈরম্বা ভারতকী তৌবা ওম্বা শক্তিতবু উৎলমই, থিবদা ফংখিবদু করিসু লৈতবনি হায়বদা হায়মনবা ওইগনি। খা-নোংপোক এশিয়াগী ইতিহাসকী চাওরাকপা শরুক খবা চহি তরামঙারোমগী মমাংদা ইহান হান্না পাবা মতমদা ঐহাক কয়াদা ঙকখিবা অমদি পুক্লিংদা নুংঙাইবা কয়াদা পোকখিবগে হায়বদু ঐহাক নিংশিংই। ইতিহাসকী অনৌবা পন্দুপ, ভারতকী থাইনগী ওইবা শরুক্কী মরমদা খল্লকপা অনৌবা ৱাখলবু, অনৌবা শক্তমশিংসিনা ঐঙোন্দা শেংনা উৎলমই; হান্নগী ৱাখল অমদি ঐহাক্লা খল্লম্বা পুম্বা অনৌবা শক্তমশিং অসিদা ঐহাক্লা পুনশিনবা তারম্মী। চম্পা, কম্বোদিয়া অমসুং এংকোরা, শ্রীবিজয়া অমসুং মজপহিৎ করিসু লৈরমদবদগী খংহৌদনা মকোক হায়গৎলমই, হিংলি হায়বা শক্তম উৎলম্মী, মমাংঙৈগীগা হৌজিক্কীগা লৈনবা মরী উৎপা ৱাখল পোক্লমই।

লান অমসুং লানঙম্বা লোয়ননা অতৈ থৌনাফবা থবক কয়া পাংথোকখিবা নিপা অকনবা শৈলেন্দ্রগী মরমদা ডাক্তর ঐচঃ জি ক্বারিচনা ইরমইঃ * "নোংচুপ হাবমগী ইতিহাসতা মমিং চৎলবা অথৌবা লাম্লীশিংগী মথৌনাগা, মহাক্কীগা চাংদম্নবা য়াববা, চহি কুন নত্রগা নিফুগী মনুংদা পর্শিয়াদগী চীনাফাওবা, মাগী মতমদা মমিং চৎপ্রবা পাঙ্গলনা জয়তৌবা নিপাসিনা চহি চামঙা চুপ্পা লেংদনা লৈখিবা, পাকচাওববা ঈশিং লমগী সম্রাজ অসি শেমগৎখি, যাভা অমসুং কম্বোডিয়াদা ভারতকী কালা অমদি কলচরদা অক্পপা ফংনা চাওখৎপবু উৎখি। অদুবু ঐখোয়গী ইনসাইক্লোপেডিয়া (যাওদবা লৈত্রবা পুকৈ লাইরিক্তা), ইতিহাসতা ------ পাক্লা শন্না শন্দোকপ্রবা সম্রাজ, নত্রগা পুকচেন চাওরবা লৈশেম্বা নিপা অসিগী মরী খংননবা কন্না 'মনা থিরম্বা পুম্বা অরেম্বা তারমই অসিগুম্বা সম্রাজ অমা লৈবম্বগী অচুম্বা মরম অদু, খুৎনা থেক্তুনা (পাবা) মশীং থিঙম্বা নোংপোক হারমদা লৈবা পণ্ডিত খরা নত্তনা কনা 'মতা খংঙমখিদ্রে।" কনানসু থাগৎপীদ্রবা ভারত্তা পোকপা মী অমদি মীথোই মীহেনবশিংগী মরমদা মঙান তাহন্নবগীদমক (খংহন্নবগীদমক) মমাংঙৈদা লৈবম্বা ভাবতকী লোয়লম শেমগৎলম্বশিংগী লাম্লীগী ওইবা মথৌনা উৎপা থবকশিং অসি ওহোক্লা কান্নরবনি। অদুগা তোয়না হেন্না কান্নবা 'মদি, মখোয়গী লোইলম অমসুং মখোয়গী খুন্দাফমশিংদা চহি ১,০০০ হেন্না লেংদনা লৈরম্বা, মখোয়না শেমগৎ-শাগৎলম্বা ৱাংলবা সভ্যতা 'দুনি।

হৌপ্রবা চহি চা-মশুং অমগী মনুংদা, মতম 'মদা গ্রেটর ইণ্ডিয়া কৌরম্বা খা-নোংপোক এশিয়াদা পাক-চাওনা শন্দোক্তুনা লৈরম্বা লমগী ইতিহাস (তা লংলবা মঙান তারক্লম্মী) খংনবক্লম্মী। হৌজিক ফাওবদা ফাক কয়া চৎনরি, ওন্ন-তৈনবা কয়া লৈরি, য়েংথিনবা মরম কয়া পণ্ডিতশিংনা তত্তনা পুখোরকলি, অদুবু সদ্যারণ ওইনা চুমজরবা অচুম্বা খরদি চপচানা তশেংনা লৈবি, লোয়ননা কবিগুম্বদা অকুপ্পা মরোন কয়া'মসু পীকথন্না থোরকলি। মচাক্কী ৱাৎপা লৈবা নত্তে, মরমদি ভারতকী লাইরিক কয়াদা, আরব লমকোইবশিংনা ইবা লাইরিক্তা, অদুগা পুন্নমক্তগী ইহেন হেন্না মরুওইনা কান্নবদি চীনাগী ইতিহাসতা মসিগী মরম ইরি। মতম কুইরবগী অহকপা লাইরিক, কোরি কোম্পাক অসিনচিংবা কোঙ্গাই অমসু লৈরি, অদুগা ভারতকী য়ুম্ফম্না হৌফম লইদুনা ইবা চাওখৎলবা সাহিত্য কয়া যাভা অমদি বালদা লৈরি, মদুদা ভারতকী কাব্য অমদি লাইশিংগী ৱারি ফাওবা মতাং-তাংকক ককনা ইরি। গ্রীফ অমসুং লটিনগী ওইবা য়ুম্ফম মরম কয়া'মসু পীরি। অদুগা পুন্নমক্কী মথক্তা লিরবা য়ুম্বী দলান মূর্তিগী পুক্লিং হুরবা অতেক অকায় কয়া অমা, মরুওইনা এংকোড়া অমসুং বারোবুদুরাদ * লৈরি।

অহানবা খৃষ্টাব্দদগী হৌবনা মতুং তাথরকপা ফাওবদা ভারতকী লোয়লম্না, ইথক্ল মথং মথং হেনগৎনা কনখৎলকপগুম, সিংহল, ব্রহ্মা, মালয়, যাভা, সুমাত্রা, বোর্নিও, শ্যাম, কম্বোডিয়া অমসুং ইন্দু-চীনা মৌনা নোংপোক অমদি খা-নোংপোক মাইকৈদা শন্দোকখি। লোয়লম শন্দোকপা কাংবুনা ফোমোসা, ফীলিপাইন দ্বীপ মপৈ অমসুং সেলেবেম মৌশিন্নবা শিল্লাংখি। মদাগস্কার ফাওবদা লোন্নরিবা লোন অসি সংস্কৃতকা য়ান্নরবা ইন্দুনেসিয়াগী লোন্নি। অসুম্না শন্দোকপদা চহি চা-কয়ামরুম চংলমগনি, মরক্তা লৈবা মফমদগী নত্তনা মফম পুন্নমকসি শিনবা থুংনা ভারত্তগী হেক্ত শন্দোকখিবা নত্তে। অহানবা খৃষ্টাব্দগী চামাপল ফাওবদা মাইকৈ মরি ফাংনা লোয়লম শন্দোকখিবগুম তৌই; মতম অসিদা মী কাংলুপ অমা নোংপোক পাংনা চৎলমগনি। থৌনাফবা খোংচৎ অসিগী খ্বাইদগী শিংথানবা য়াবা মওংদা ষ্টৈনা শোয়দনা শিল্লমগনি।

পাকশন্না শন্দোকপ্রিবা লোয়লমশিং অসি মতম অমতদা হৌখিবমই; অয়াম্বা মতমদা লান্‌ফমগী খুদোংচাবা মফমদা অমদি লল্লোন ইতিক্কী লম্বীথোকপা মরুওইবা মফমদা খুন্দা লৈতাবা হৌখি। খুন্দাবা মফম পূম্নমক্তা থোনবা মিং পূম্নমক ভাবতকী অখিবা মিং-ঙাক থোনখি। অসুম্না হৌজিকমক খংনবিবা কম্বোডিয়া অসি কম্বোজ কৌবমই, মসি গন্ধাবা হায়বদি কাবুল তম্পাক্তা লৈবা থায়নগী ভাবতকী খাইনা খংনরবা সহব অমনি (অমগী মমিংদগী লৌবনি)। মসিনা চাওবাক্লা লোয়লম অসি নোমখিবগী মত তাকই, মতম অদুদা গন্ধাবা (আফগনিস্টান) ভাবতকী আর্য্যশিংগী মকওইবা মফম অমা ওইবমগনি।

খুদোংথীবা সমুদ্র কয়া লান্না চৎলুবিবা চাওববা খোংচৎ অদু কবিগীদমক্তো, খোংচৎ অদু পাংথোকপদা পামলমইবনা কবিনো ? মীরোন কয়ানা হান্না লময়ানলমদ্রবদি নত্রগা মী খবনা অমদি মী কাংলুপ মচা খবনা চহি চা-কয়া চংনা লল্লোন ইতিক তৌবমদ্রবদি (লোয়লম শেঙ্গী) চৎনিংবা পোকহল্লোইদবনি নত্রগা চৎনবগী শেম শাহল্লোইদবনি। নোংপোক ঙাবমগী লৈবাকশিং অসিগী মতাংদা লিববা সংস্কৃত লাইবিক অয়ামবদা চনৈনননা পল্লি। মখোয়দা থোল্লমইবা মমিংশিং খংনবা লাক্রুবা মতমপুম্বদা লাইনা থোক্তে অদুগা কবিগুম্বদসু লুনা থোক্তে। যুগ অসি তশেংনা 'যবা দ্বিপ' হায়বদি মিল্লেটকী (গেহু) দ্বিপতগী লৌদুনা থোনবনি। ঙসি ফাওবদা যব হায়বগা ভারত্তা বার্লি অমদি হেগু খংনবি। অবিবা লাইবিকশিংদা যাওবিবা অঁত মমিংশিংসু খোংদগী থোকপা পোৎ, ধাতু নত্রগা লল্লোন-ইতিক্কী পোৎ নত্রগা লৌ উ শিং উবদগী থোকপা পোৎ কয়াগা মবী লৈনবা মায়ে। মিংথোনবা হায়বসিমক্লা লল্লোনবগী ৱাখল পোকহল্লি। ডাক্তর আর. সি. মজুমদারনা খুন্দোক্লুনা হায়বমই, "সাহিত্যনা মীওইবগী ৱাখলগী নিংথিজববা মমি তাবা ওইববদি লল্লোন ইতিক অসি ভাবতনা খৃষ্টাব্দ হৌদ্রিবৈ অর্মদি হৌববা মতুং চহি চা কয়াদা, মকওইনা পামজবা ওইবা তাই।" শেছুমদা চের্কাশনবা, অবাপ্পদা পোৎ যোয়বা মফম চাবা তওনা থিববু মসিনা খংহল্লি।

খৃষ্টনা পোকদবা চহি চা-অনি-অহুম ৱাৎলিঙৈদা লল্লোন ইতিক্লা তাংথক নায়না হেনগৎলমই, থৌনাফববা লল্লোনবশিং সদগবর্শিংগী মতুং ইল্লম্বা য়াই ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুনা, মবর্মদি মতম 'সি অশোক্কী মতুংগী নতর্মন। খুদোংথীবা সমুদ্রগী খোংচৎ অর্মদি জহাজ কয়াদুনা লুপবিবগী মবম কয়া সংস্কৃতকী লিববা ৱাবীশিংদা যাওব। খৃষ্টগী অহানবা চা হৌগৎলকপা মতমদা নোংপোক মাইকৈদা লৈবা লমশিংগা ভাবতকগী মবক্তা চাং নাইনা সমুদ্রগী লম্বীদা নবী লৈনবমই হায়না গ্রীফ অমসুং অবব অনিনা ইশিলহৌবদা য়াওবি। মালয়াগী অচুম্বা কংফান শকক, ইন্দুনেশিযাদা লৈবা দ্বীপশিং, চীনানা ভাবতবর্ষ, পার্শিযা, আববম অমদি ভূমধ্যসাগবগী লমসিগা লল্লোন ইতিক তৌমিন্নবগী লম্বীদা লৈ। জিওগ্রাফীগী কান্নবা ইখন খন্দনা হায়বিবা লৈবাকশিং অসিদা খনিদগী থোকপা মমল য়াম্লবা পোৎ, ধাতু, মকমবাং অমদি উ নচিংবা ফংই। হৌজিক্কী গুম্না মতম অদুদসু টিন-খনিগীদমক মলয় মমিং চৎলমই। ইহান হানবা ঈশিং খোংচৎ অসি ভাবত কলিঙ্গগী (উবিষ্যা), নোংপোক সমুদ্র তোর্ব্বান তুংইয়া লাক্লুনা বেঙ্গল বর্জা মথং মথং মালয পেনিনসুনলা তান্না চৎথবম্মী। ভাবতকী নোংপোক অমসুং খাদগী সমুদ্রগী লম্বীদা শম্না চৎপা হৌখিবদি কাইনথংদা চাওখৎলক্লা মতুংইননা হৌখিবনি। চীনা যাত্রিকশিংনা ভাবত তান্না লাকখিবসি ঈশিং লম্বী অসিগী তুং ইন্না লাকপনি। ৫ শুবা খৃষ্টাবন্দদা কা সিযাম্না ববেমদা লাক্লমই, মফমদুদা ধর্ম্ম তিন্নদবা কাংবু লৈবমই হায়না মহাক্লা পাওদমলমই, বুদ্ধ ধর্ম্ম চওবা ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম চৎপা মীশিংবু হাযবনি।

থায়নগী ভাবতবর্ষদা জহাজ শাবসি, যাম্না নিংথিনা মপুংমবৈ ফাববা, চাওখৎলিবা, খুৎ শা হৈবগী থবক্লি হায়বসি অশেংবনি। মতম'দুদা শাখিবা জহাজগী চাওবাকপা অমদি অকুপ্পা মবম ঐখোযনা ফংই। ভাবতকী বন্দব কয়াগী মমিং পল্লি। খৃষ্টগী চহি চা অনি অহুম শুবদা খা-ভাবত্তা (অন্ধ্রদা) চৎনবম্না শেন মযেক্ত ফীজং চৈখোক অনি য়ুংবা জহাজ য়াওই। সিংহল জয় তৌবমই, জহাজদা শামু পুবকই হায়বসি অজন্তগী অহকপা-অয়েকপা লাইশিংনা উৎলি। ভাব্‌তা য়েলহৌঙৈদগী হেক খুন্দাবা হৌবা, মতমদগী চাওখৎলক্লবা অচৌবা ষ্টেট অমদি সম্রাজ অয়াম্বা লল্লোনবদা মথল্লাই যাওবা সমুদ্রদা চৎপগী শক্তি লৈববা ঙাক ওইনা তৌই; মবমসিনা ঈশিং লম্বীবু লাযনা খুদুম চল্লমই। ঈশিং লম্বীদা মখোযনা অমগা অমগা খৎনবম্মী, মখোয় কাংবু অমনা খা ভাবতকী চোলা ষ্টেটকা করিগুম্বদা মুক্লবমই। চোলাশিংসু ঈশিংদা মপাঙ্গল য়ামনা কল্লম্মী, মখোয়না জহাজ লালহৌবা কাংবু অমা থাবম্মী, কাংবু অদুনা মতম খবা শৈলেন্দ্র সম্রাজবু খুৎ চনখি।

খৃষ্টাব্দ ১০৮৮ দা তামিল ময়েকনা হকলপ্না অর্থ পাবদা নুংঙাইবা পোকই, মদুদা 'কোর্পোরেসন ওফ ডি ফিফটীন হন্দ্রেড" পল্লি। মসি লল্লোনবা মরূপ অমা ওইনা তৌই মদুদা অসুম্না হায়রি, "ক্রিতাগী মতমদগী হৌদুনা দেশ কয়াদা কোইনবগীদমক পোক্লবা, ঈশিং অমসুং কংফান লম্বীদা চত্তুনা মহাদেশ তরুক্কী লমদা চংলিবা, শগোন, শামু, মমল য়াম্বা নুং, মনম, নুংশিংবা পোৎ অমসুং হিদাক-লাংথক্তা পুম্না অমদি চোয়না য়োনবা, থৌনা ফাবা নিপাশিং।"

মসি ভারতকী মীশিংনা ইহান হানবা লোয়লম শেমগৎপা, মথৌনাগী অহৌবা শরুক্কি। লল্লোন-ইতিকপা, থৌনাফা খোংচৎ, পাকচাওনা লম শন্দোক্লিংবনা, লিরবা সংস্কৃত লাইরিকশিংদা স্বর্নভূমি, স্নথোকপা লৈবাক নত্রগা স্বর্নদ্বপ, স্না থোকপা দ্বীপ হায়না ময়েক শেংনা ইরম্বনা, নোংপোক মাইকৈগী লৈবাক কয়াদা চৎনিংবা পোকহল্লমই। মমিং অসিমক্তা মসিগী শুমহৎনবা শক্তি উৎলি। অহানবা লম শন্দোকপা চৎপা কাংলুপ্পা খুন্দাদুনা লৈখি, কাংলুপ অমনা অমুক খুঙ্গং লৈখি অসুম তৌদুনা শান্তি ওইনা চৎনখি অমসুং খুন্দাখি। মফমদুদা লৈরম্না জাত্তিগা ভারত্তগী চৎখিবা কাংবুগা অমতা ওইনা তিন্নখি; কলচর তিনশিন্দুনা অনিমক্তগী তোঙানবা কলচরগী ঈহৌ অমা থোকখি। ক্ষেত্রি নিংথৌমচাশিং অমদি অঙম অথৌগী ইমুং মনুংগী মীশিংনা মথৌনা উৎপা, লম থিবা চৎনখিবনা ভারতকী রাজনিতি (ইরাং) মচাকসু মফমদু য়ৌখি হায়বা য়াই। মিং মান্নবদগী অসুম্নসু খল্লে মদুদি লাকলিবা মীশিং অসি ভারত্তা পাক্লা শন্দোকখিবা মালব জাত্তিনি মরমসিদগী ইন্দুনেশিয়াদা মকোকথোংনা লৈগ্রিবা মালয় জাত্তি ওইখিবনি। মধ্যভারতকী শরুক অমবু হৌজিক ফাওবা মালবা হায়না খংনরি। অহানবদা লোয়লম শেম্বা চৎখিবা কাংবু অদু নোংপোক থংবা সমুদ্র মপান্দা লৈবা কলিঙ্গ (উরিষ্যা) দগী চৎখিবনি হায়না থাজনরি অদুগা লোয়লম শেম্বদা র্নিম ওইনা হোৎনখিবদি খা-ভারত্তা লৈবা হিন্দু পালাবা লৈবাক্কী মীশিংনি। খা-নোংপোক এশিয়াদা মমিং চৎলবা শৈলেন্দ্র শাগৈদি উরিষ্যাদগী লাকপনি হায়না থাজনরি। মতমদুদা উরিষ্যা অসি বুদ্ধ ধর্ম্মগী অকনবা মফম ওইরমই অদুম্নদি ওইরগা মতমদুদা পাল্লম্বা শাগৈদি ব্রহ্মণ ধর্ম্ম চৎলমই।

ভারতকী লোয়লমশিং অসি অচৌবা লৈবাক অনিগী মরক্তা অমদি চাওখৎলবা সভ্যতা অনিগী মরক্তা লৈরমই — ভারত অমসুং চীনা। খর'মনা এশিয়া মহাদেশকী মনুংদা চীনা সম্রাজগী সিমনাগা তাইনরম্মী অদুগা অতৈ শরুক্তা চীনা অমসুং ভারতকী লল্লোন লম্বীমক্তা লৈরমই। অসুম্না লৈবাক অসিদা লৈবা কাংবুদা অচৌবা লৈবাক অনিগী মমি তারম্মী, ইন্দু-চীনা অনিগী অপুনবা সভ্যতা থোরকখি অদুনা কলচর অনিগী অপুনবা শক্তম ওইরকখি, অনিগী মরক্তা য়েৎনবা লৈরমদে, তোঙানবা মওং তোঙানবা মচাক পুনশিন্দুনা য়ান্নবা শক্তম কয়া থোরকখি। বক্ষা, শ্যাম, ইন্দু চীনা—মহাদেশকী মনুংচনবা দেশশিংদি চীনাগী ইথিন চংলম্মী, মালয় পেনিনসুলা অমসুং দ্বীপশিংদনা ভারতকী রাখল চংলমই। নিয়ম অমা ওইনা লৈবাক ঙাকলোন, পুন্সিগী সধারা ফিলোসোফিনা চীনাদগী অদুগা ধর্ম্ম অমসুং কলানা (খুৎশা হৈবনা) ভারত্তগী পুশিল্লক্লমই। (এশিয়া) মহাদেশকী মনুংচনবা দেশশিংগী লল্লোন-ইতিহ্বীদমক মরুওইনা চীনাগী মথকত্তা তারম্মী অদুগা এম্বেসেডারসু য়াম্না তোয়না শিনদোক শিনজিন তৌরমই। কম্বোডিয়াদা অমদি এংকোড়াগী মরুওইবা মফমশিংদা লৈরিবা কলাকারশিংগী থবকশিং অসি থিজিল্লুবদা ভারত্তগী ওইরম্লে। ভারতকী কলাদি ওম্ভাং-ওনশিন তৌবা য়ারমই, অদুনা জাত্তি অমনা লৌশিনবসু লায়না থোক্লমই; লৈবাক খুদিংদা ভারতকী কলাগী খুৎ-চাওখৎ মান্নদে, ইনৌ-নৌই মওং খেৎনৈ নৌবা মান্নদে অদুম্নদি ওইরগা ভারত্তগী থোরকপা য়ুম্ফম ওইবা মওং অদুগী রাখলদি লেংদনা অদুম মরৈ। সার জোন মার্শেলনা হায়, "অঙ্কপা, মরুওইবা ওইহন্নিংবা মওংদা ওইহনবা য়াবা ভারতকী কলানি।" অদুগা অসিমসু মহাক্লা থিন্দুনা হায়রমই, "ভারত অমসুং গ্রীক্কী কলানা মতৌ করম্না অমতা ওইবা শক্তি লৈরিবনো; শক্তি অসিনা, মখোয়গা মরী লৈনরুবা লৈবাক, জাত্তি অমসুং ধর্ম্মগী দরকার লৈবদুগা অমতা ওইবা হেক্তা চাশিন্নখি (চুশিন্নখি)।"

ভারতকী কলাগী হৌরকফম মরূদি ভারতকী ওইবা ধর্ম্ম অমসুং ফিলোসোফিগী মিৎয়েংগী থোরকপনি। ধর্ম্মনা ভারত্তগী হৌদুনা নোংপোক্তা লৈবা লৈবাকশিং য়ৌনা শন্দোকখিবগুম কলাগী য়ুম্ফম ওইবা রাখলসু শন্দোকখি। ইহান হানবা শেমখিবা লোয়লমশিংদা মপুংওইনা ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম চৎলমই, বুদ্ধ ধর্ম্মদি কায়নথংদা শন্দোরকপনি। মরূপ শান্নবগুম অনি অসি লোয়ননা লৈমিন্নরমই, মতুংদা ধর্ম্ম অনিসি পুনশিল্লগা ময়াম্না পান্নবা অপুনবা অমা থোরক্লমই। মসিদা চৎলিবা বুদ্ধ ধর্ম্মসি

মপুংওইনা মহায়ানা মখলগী ওইবমই, অদুনা লাইনা (তিনশিন্নবা) পুনশিনবা য়াবিবনি; লমদুগী চৎনবোন অমদি লমচৎ-শাজৎনা খুদুম চনশিনবনা ব্রহ্মণ অমসুং বুদ্ধ ধর্ম্ম অনিসি, মশাগী লৈজবা থাজবগী অশেংবা শকক্তগী হোংদোকখিবগুম তৌই। চহি খবগী মতুংদদি বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা লমগা ব্রহ্মণ চৎপা লমগা কন্না খৎনবকলম্মী, তৌইগুম্বসুং খৎনবকলিবসি বাজনিতি অমসুং অর্থনিতিগী ওইবা মকওইনা লল্লোন-ইতিক অমসুং সমুদ্রগী ঈশিং লম্বী খুৎ চনশিন্নিংবগী লান তৌনবা ওইরমই।

ভাবত-লোয়লমগী ইতিহাস অসি চাওরাক্লা চহি চা-তবামহুমদোইবোম খবা হেনবগী ওইনা তৌই -- খৃষ্টগী চা অহানবা নত্রগা অনিশুবদগী হৌবনা চা-তবামঙা শুবগী লোয়বমদাই ফাওবা ওইনা তৌই। অহানবা চহি চা খর্বাদ মথোং খংদ্রে, অপিকপা ষ্টেট খরা লৈবমই হায়বা নত্তনা থোয়না খংনদ্রে। খব-খবা ওইনা মথোয়না কোনশিল্লকপনা খৃষ্টগী চা-মঙা শুবদদি অচৌবা সহর খবা চোংথোবকই। খৃষ্টগী চহি চা-নিপান শুবদদি সমুদ্রদি চৎপা কাংবুনা শেমগৎপা সম্রাজথোবক্রমই, ময়াইথোকপা মফম অমদগী শাসন তৌবল্লসু লমশিং অদু ঙাকইবা মকোক থোংবা অদু ময়েক শেংলমদে। কবিগুম্বদা মখাপোল্লবা লমশিং অদু মনিংমখা তম্লকলম্মী ঋাযেনচৈ পায়বিবা শক্তিবু মায়োক যাবগুম তৌবমই, মসিনা মতম অবেপ্পা খংনবা হোৎনবদা চমম্লবা পোকহল্লমই।

ষ্টেটশিং অসিগী মনুংদা খাইদগী চাওবদি শৈলেন্দ্র সম্রাজনি নত্রগা শ্রীবিজয় সম্রাজনি, খৃষ্টগী চহি চা নিপানা শুবদা মালযশিয়া পুম্বগী লম অমসুং ঈশিংগী মকোক ওইবা শক্তি পায়বা ওইবমই। মসিগী হৌবকফম অমসুং কোনুং সুমাত্রাদা লৈবমই হায়না ঙসি ফাওবা থাজনবি অদুবু মতুংদা মবী মথোং থীজিন্নবকপদগী (বিসার্চতগী) খংলকপদি মসি মালয পেনিনসুলাদগী হৌখিবনি। মসিগী মপাঙ্গলনা খমথেংনা চাউখৎলকপনদা মালয সিংহল, সুমাত্রা, যবগী শকক খবা, বের্নিও সেনেবেস, ফিলিপাইন মঁপে, অমসুং ফোর্মোসগী শকক খবা য়াওশিল্লমই; কম্বোডিয়া অমসুং চম্পা (অননাম) যৌনা শাসন তৌবগুম তৌবনই। মসি বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপশিংগী সম্রাজনি।

শৈলেন্দ্র শাগৈনা পানবা যৌদ্রিঙৈদা মমাংদা অমদি মপুংফাবা সম্রাজ অমা শেমদ্রিঙৈ মমাংদা মালয়, কম্বোডিয়া অমসুং যবদা মপাঙ্গল চাওবা ষ্টেট কয়ামকম লৈবমই। শ্যামগী সিমানা মক্তা মালয় পেনিসুলাগী অব্রাংথৎবা শকক্তা পাক্লা শন্না লৈবা অতেক অকাযনা, আবঃ জেঃ উইলকিসয় হায়, উক্তনা তাকপদি য়াম্না ব্রাংবা থাক্তা লৈবা লম্ছুম অমদি অকে অমৌগা লোযননা মপাঙ্গল কল্লবা ষ্টেট য়াম্না মহৌশা লৈবমই হাযবসিনি। খৃষ্টগী চহি চা-অহুম শুবদা চম্পাদা (অন্নামদ) পন্দুঙ্গম কৌবা সহব অমা লৈবমই, অদুগা চহি চা-মঙা শুবদা কম্বোজসু অচৌবা সহব অমা ওইবম্মী। চহি চা-মাপল শুবদা জয়বর্দ্ধন কৌবা মপাঙ্গল কনবা নিংথৌ অমনা অপিকপা ষ্টেট ময়াম অসি পুর্নাশিন্দুনা এস্কোবাদা কোনুং ওইদুনা কম্বোডিয়া সম্রাজ শেমগৎলমই। কম্বোডিয়াসি ঙহাক লৈতনা শৈলেন্দ্রশিংগী ঋাযেন মখাদা লৈবম্বগুম তৌই, অদুবু মদু মমিংত ওইনা তৌবম্বা য়াই, চহি চা-মাপল শুবদি অমুক হন্না (কম্বোডিয়া) মনিংমখা তমখিবমই। মথং মথং ওইনা পাল্লম্বা অচৌবা লৈবাক ঙাকপা, লৈবাক শেম্বা, জয়বর্দ্ধন, যশবর্দ্ধন, ইন্দ্রবর্দ্ধন অমসুং সূর্য্যবধর্ম্মনগী মখাদা কম্বোডিয়া ষ্টেট অসি চহি চামবি বোম লৈবমই। কোনুং অদু এশিয়াগী মনুংদা মমিং চৎলমই, ফজবদা চাংদমনিংঙাই লৈতবা এস্কোব হায়না খংনবমই, সিজবগী বোমদগী হেয়া চাওবা ১সুং ফজবা, মী কোটি অমা লৈবা সহব অমা ওইবমই। সহব মনাক্তা এস্কোব হাৎকী চাওববা লাইশং লৈবমই। খৃষ্টগী চহি চা-তবাহুমদোই লোয়বা ফাওবা কম্বোডিয়া সম্রাজ য়াম্না চাওখৎলম্মী, খৃষ্টাব্দ ১২৯৭ তা সহব অসি য়েংলবা চীনাগী বাজদূত অমনা ইবদা সহব অসিগী ফজবা অমসুং লম্ছুম শন্দোক্লা পল্লমই। খংহৌদনা নিংখাইখি, দলান খবদি লোয়শিন্দনা থনমই। মপান্দা লানশোক্লবমই মনুংদা ইবাং হৌবমই, অদুবু মেকোং তুবেয়া পুথবকপা নুংচাক্লা নুং-লৈঙোইনা ফুর্নাশিন্দুনা অকীবা শক্তমগী মাংতাকপা থোকহনখি, মদুনা সহবগী লম্বী শোবোক পুম্নমক থ্রোক থ্রোক লাওবা লৈখোম্না কুপশিন্দুনা কুমথি-হাওথিগী লম ওইহনখি, মদুনা মবম ওইদুনা সহব অসি থাদোক্লখি (মী-তাবা ঙমখিদে)।

খৃষ্টগী চহি চা-মাপল শুবদা শৈলেন্দ্র যবসু তোঙাম্না তাখি। অদুম ওইনমক খা ভাবত্তা খুৎকন পাঙ্গলনা পানবা চোলাগা শৈলেন্দ্রশিংগা খুৎ-থোক্লবা মতম ফাওবা, খৃষ্টগী চহি চা-তবামথোয শুবা ফাওবদি শৈলেন্দ্রশিংনা ইন্দুনেশিয়াদা

মকোক ওইনা খুৎ কন্না পানখি। চোলশিংনা লানগুম ফীরান থেক্তুনা ইন্দুনেশিয়াগী পাকচাওরবা শরুক অমা চহি য়াংখৈরোম লোয়চল্লমই। চোলাশিংনা হন্দোকখ্রবদা শৈলেন্দ্রশিংনা অমুক লৌশিন্দুনা চহি চহুম হেন্না মনিংতম্না পানখি। তৌইগুম্বসুং পংকুই কুইখিদ্রে খৃষ্টগী চহি-তরাহুমদোই শুবদা নোংপোক থংবা সমুদ্রদা লৈরম্বা নিংতম্বা-শক্তি অমদি পাকচাওরবা সম্রাজ মরাইচাইথখি। মপাম্বোম পাঙ্গলনা যব মকোক লিংখৎলক্লে লোয়ননা থাইজ (শ্যাম) সু ফাওগৎলক্লে। খৃষ্টগী চহি চা-তরামরিগী অনিশুবা তঙ্খায়দা যবনা শ্রীবিজয়াগী শৈলেন্দ্র সম্রাজবু মপুংফানা জয় তৌখি।

হৌজিক মচিন তুমখৎলকইবা যব ষ্টেটকী ইতিহাস শাংনা লোত্তুনা লৈগ্রে। বুদ্ধ ধর্ম্মনা শন্দোক্লবা মতুদা হান্নগী ধর্ম্মবু থাবা লৈতনা কোনশিন্দুনা মতম শাংনা লৈগ্রিবা ব্রহ্মণ ধর্ম্ম চৎপা ষ্টেটনি। শ্রীবিজয়ানা যবগী তংখাই খর হেন্না লৌশিনগ্রবা ফাওবদা শ্রীবিজয়াগী শৈলেন্দ্র সম্রাজগা রাজনিতি অর্থনিতি মাইকৈদা ষ্টেট অসিনা কন্না মুক্লখি। লল্লোনইতিক পান্বা ঈশিংদা হৈ-শিংলবা কাংবু অমদি নুংগী দলান শাবা পান্বা কাংবুনা থন্না মফমসিদা লৈরমই। অহানবদা মসি সিংহাসরি লৈবাক কৌরমই, খৃষ্টাব্দ ১২৯২ দা মজপহিট কৌবা অনৌবা সহর শেমখি, শ্রীবিজয়াগী মতুংদা নৌনা ফাওগৎলকইবা মজপাহিট সম্রাজনা খা-নোংপোক থংবা এশিয়াদা মকোকথোংবা শক্তি পায়বা সম্রাজ ওইখি। কল্লাই খান্না থারকপা চীনা বাজদুতশিংবু মজপহিটনা ইকাইবা পীখি, চীনানা লান হৌরক্তুনা মজপহিতপু দণ্ডি পীখি। যবদা লৈবা মীশিংনা নোংমৈহিদাক শীজিন্নবা, চীনাদগী খংলমই, মদুনা শৈলেন্দ্রশিংবু মাইথিবা পীবদা মখোয় মতেং ওইরম্মী।

মজপহিত য়াম্না মপুংমরৈ ফারবা পাকচাওবা সম্রাজনি। খাজনা লৌবগী নিয়ম য়াম্না নিংথিনা শেন্নমই হায়নৈ, লল্লোনবদা অমদি লোয়লম শেমগৎপদা মপুংক্লিং চংলমই। ষ্টেটকী ওইবা লল্লোনবগী ডিপার্টমেন্ট, লোয়লম ঙাকশেনবগী ডিপার্টমেন্ট, প্রজাগী হকচাং ফন্না থম্বদা য়েংশিন্নবা ডিপার্টমেন্ট, লানগী ডিপার্টমেন্ট লৈবাক্কী মনুংওইবা থবক পুনবা ডিপার্টমেন্ট, অসিনচিংবা লৈরমই। জর্জ্জ কয়ামরুম পুন্না ফম্বা খ্বাইদগী চাওবা ব্রায়েনশং অমসু লৈরমই ( সুপ্রিম কোর্ট ওফ জষ্টিস)। নিংথৌপানবা লৈবাক অসি কয়াদা নিংথিনা শিল্লাংইবনো, অঙ্কপনি ! ভাবত্তগী চীনা তান্না চত্তুনা লাল্লোনবনা মকওইবা কারবারনি। মমিংচৎলবা লৈবাক ঙাকপশিংগী মনুংদা রাণী সুহিতা অমনি।

মজপহিতকা শ্রীধবিজয়াগা অনিনা শোক্লখিবা লান অদু য়াম্না তমথীরম্মী, মজপাহিতনা লান ঙমগ্রবসু মদুনা (অনৌবা লান) নৌহৌননা অমুক খৎননবগী মরু হুল্লমই। শৈলেন্দ্রশিংগী শক্তিনা মাংগ্রবদা অতৈ কাংবুগা মরুপ শান্নদুনা মরুওইবা আবর অমসুং মুশলমান ধর্ম্ম চৎপশিংগা মরুপ ওইমিন্নদুনা সুমাত্রা অমসুং মাল্লাকাদা মালয়গী তৌবা ঙম্বা শক্তি ফাওগৎলকখি। মতম অমুক কুইবসি খা ভারত নত্রগা ভারতকী লোয়লমগী নোংপোক সমুদ্রগী মকোক ওইরম্বদু হৌজিক আরবশিংগী মখুত্তা তাগ্রে। রাজনিতিগী শক্তিগী তুংনফম অমদি লল্লোন ইতিক্কী খ্বাইদগী ময়াই থোকপা লম মনুংদা মালাকানা মকোক থোংলক্লে মালয় পেনিনসুলা অমদি দ্বীপ খরদা ইসলাম ধর্ম্ম শন্দোরক্লে। খৃষ্টগী চহি চা-তরামঙা শুবগী লোয়রমদাইদা মজপাহিটপু পুমলোয় লোয়শিনখিবসি অনৌবা শক্তি অসিননি। তৌইগুম্বসুং চহি খরগী মনুংদ, খৃষ্টাব্দ ১৫১১ দা আলবুকার্গনা লুচিংদুনা পর্টুগীজ লাক্তুনা মালাকা লৌশিনখি। নৌনা চাওখৎলকপা ঈশিং লম্বীগী শক্তিনা ইউরোপ্পা নোংপোক হায়না য়ৌরকখি।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## তরাতরেৎশুবা তাংকক

# মপান লমদা ভারতকী কলা বিদ্যা

লিরবা সম্রাজ অমসুং নিংথৌ শাগে কয়াগী রেকোর্ডশিংনা অরিবা থীবা কাংবুদা নুংঙাইবা পোকহল্লি, তৌইগুম্বসুং সভ্যাতা অমসুং কলাগী ইতিহাসনা অমুক হন্না মখোয়দা নুংঙাইবা পোকহল্লি। ভারতকী য়েংউরবদি মখোয়গী তোপ-তোপ্পা কান্নবা লৈ, মরমদি থৌদোক কয়া থোকপ্লিবা, তোঙানবা মওং কয়াগী জ্ঞান অমদি মচং ওইবা শরুক উৎপ্লিবদি ভাবতনি। মপাঙ্গল মথৌনা ফুদোক্লা, ইফুৎকুম ফুৎ-ফুৎ ফাওদোকপা, লাপ্পা শন্না, মহাককী লৈজবা জ্ঞান নত্তনা মহাক্কী ফীবম , কলা, কাববার, লোন, সাহিত্য অমদি লৈবাক-ঙাকলোন পুদুনা য়েম্বোক্লম্বা ঐখোযনা উই। চীংজাও অমসুং সমুদ্রনা কোয়শিন-থিংজিন্দুনা মহাক্লা লৈরমদে লেংদবা, নায়াতামতানা অমদি খাইগা তিন্নদনা। ভারত মচাশিংনা ব্বাংলবা চীংজাওগী পল অমদি খুদোংথিবনা থল্লবা সমুদ্র কয়া লাম্বোকলশ্মী, অদুগা শেমগৎ-শাগৎলমই গ্রেটর ইণ্ডিয়া, গ্রীক্লা হৌগৎলম্বগুম গ্রেটর গ্রীক শাগৎপা, বাজনিতি অমদি লমচৎ-শাজৎর্নিতিবু অথোয়-অহেন নায়দবা, অমতা ওইনা মান্ননা মখোয়না পুদুনা চৎলমই, হায় এমঃ বিনি গ্রোসেৎনা। অওইবমক ওইনা মালয় ষ্টেটশিংদা লৈবম্বা বাজনিতি সংস্থানশিং অদু য়ামক্লা ব্বাংনা লৈরমই; মদু ভাবতকী বাজনিতিগী শাহৌগী শকক-শক্তম্মক্তি নৎলমদে। তৌইগুম্বসুং এমঃ গ্রোসেৎনা হায়রি, খুদোম্বীনা, থিন্দুনা, ভাবতকী কলচবনা শন্দোক্লম্বা পাকচাওরবা লমশিংদাঃ "নোংপোক ইবানগী অব্বাংবা লৈতেম মান্নবা লমদা, সেবিন্দিয়াগী মকদ্যান্দা, তিব্বেৎগী লৈহাও চেন্দ্রবা লমদা, মঙ্গোলিয়া, মাঞ্চুরিয়া, চীনা অমসুং জাপানগী লিরবা সভ্যাতাগীলমশিংদা, যেলহৌঙেগী মীওই মোন অমসুং খমীরশিংগী লৈবাকশিংদা, ইন্দু-চীনাগী অতৈ জাত্তিনা লৈবা লমদা, মালয় পোলিনেসিয়াগী মীতাবা দেশশিংদা, ইন্দুনেশিয়া অমসুং মালয়দা ভাবতনা থনমই; কোকপা য়াররোইদৌবা নিংশিং ব্বাখল, মহাক্কী ব্বাংলবা কলচবগী ধর্ম্মতদ নত্তনা কলা অমসুং সাহিত্যগী মবমদা, ব্বাহৈ অমদা শম্না হাযরবদা, অতোপ্পা সংসাবগী ব্বাংলবা ব্বাখলগী মতাংদা।*

খা-নোংপোক এশিয়াগী লৈবাকশিংদা, মকওইবা মরা তারমই, ভারতকী সভ্যাতা মসিগী প্রমান, ঙসিফাওবদা, ফংবা ঙম্নি মফমশিংদুদা। চম্পা, এস্কোর, শ্রীবিজয়া, মজপাহিৎ, অমসুং অতৈ মফম কয়াদা, সংস্কৃত তম্নবা অটৌবা ময়াই থোকপা মফম কয়া লৈরি। ষ্টেট কয়াদা, সম্রাজ কয়াদা, পাল্লম্বা (নিংথৌশিংগী) লৈবাক ঙাকপশিংগী মমিং, তশেংনা সংস্কৃত্তা অমদি ভারতকী ওইবা লোন্দা লৈরি। মসি হায়রগা মখোয়বু অশেংবা ভারতমচানি হায়বা নত্তে; চুম্নতা মখোয়না ভাবতকী মতৌ তমজরমই হায়বনি। লৈবাক্কী ওইবা থৌদোক (কুম্মৈ অমদি অতৈ থৌদোক)ন ভাবতকী নোম্না ঙাক ওইনা তৌই, সংস্কৃত লোন্না ঙাংনৈ-শোন্নৈ। ষ্টেট অফিসারশিংগী মিংথোন পুম্বা সংস্কৃত ঙাক্লি; থাইলেণ্হদত নত্তনা পাংঙন্না পানবা মালয় ফাওবদা, ঙসিমক চৎনরি অদুগুম্বা মিংথোন, ফমথোন। ইন্দুনেশিয়াদা লৈরিবা লমশিংগী লিববা সাহিত্যশিংনা ভারতকী লাইত্তিনগী ব্বারী হেন্না য়াওরি। যব অমসুং বালিগী ফাওরবা জগোয় পুম্বা ভারতকীদগী থোকখিবা ঙাক্লি। বালিদা লৈবা দ্বীপ মচাশিংনা হৌজিক্কী মতম ফাওবদা ভারতকী লিরবা কলচরবু মকওইবা শেংনা ঙাক্লা চথরি, হিন্দু ধর্ম্ম ফাওবা মফমদুদা লৈরি। ভারতকী লাইরিক ময়েক ফিলিপাইন্দা চৎনরি।

কম্বোডিয়াদা চৎনরিবা খুৎই ময়েক খা-ভারতত্তগী লৌবনি; মমিংত ওইনা শেমদোক্লুনা সংস্কৃতকী ব্বাহৈ কয়া'মা চৎনরি। দেওয়ানি অমসুং ফৌজদারি আইন পুম্বা, থায়না ভারতকী আইন শেম্নম্বা মপুগী আইন্না য়ুম্ফম ওই, বুদ্ধ ধর্ম্ম

চৎপশিংগী তোঙান তোঙানবা অপাম্বা, খেৎনবা মতুংইনবা হৌজিক লৈরিবা কম্বোডিয়াগী আইন শেম্বশিংনা আইনশিংদু নৌনা শেমদোকখি।*

পুম্নমক্কী মথক্তা থায়নগী ভারত-লোয়লমগী নিংথিজরবা য়েকখোৎপা অমসুং খুৎশা হৈবদু লেংদনা লৈরি, মাদুদা ভারতকী হৈ-শিংবগী মমি তারি। হান্না লৈরম্বা শরুক অদু খরনা শেমদোকপ্রে খরনা লেংদনা থমই খরনা মফমদুগীওইবা হৈ-শিংবা শরুক্কা তিনশিন্নপ্রে; এস্কোরা অমসুং বোরোবুডুরগী অঙ্কপা লাইশংশিং অসি অসুম্না য়ানশিন্নবা অসিদগী ওইরকপনি। যবদা লৈবা বোরোবুডুরদা, বুদ্ধগী পুন্সিগী ৱারী পুম্না নুং অমদা হক্তুনা লৈ। অতৈ অতোপ্পা মফমদা লৈবা নুংখাই অপাকপদা বিষ্ণু, রাম অমসুং কৃষ্ণগী ৱারী হক্তুনা ইরমই। এস্কোরাগী মরমদা মিষ্টর ওসবার্ট মিৎওয়েলনা ইরমই, "হৌজিকমক হায়বা য়াই, হৌজিকমক লৈরিবা এস্কোরা অসি ঙসিমক পৃথিবীগী অথোয়বা অঙ্কপা অমা ওইরি; পোকপদা য়াওরকপা, মীওইবগী হৈ-শিংবা জ্ঞান্না অরোয়বা মতোন য়ৌরে হায়বদু নুংদা হকইবসিনা উৎলি; (উরুবা য়েংউবদা) পুক্লিংদা পানবনা থম্মোইগী কাচিন য়ৌরি, ফজবা অমসুং শুপ্কৎপনা চীনাদা উবা পোৎ খুদিংদগী হেল্লি।----- সভ্যতাগী লেমহৌবা মচাক্লা চহি চা-তরুক চুপ্পা, য়ৌনা লংনা মসিগী মশা-মরেংবু ঙাক্লহল্লম্লগা তুংদা অসুক্কী মতিক থীনা শিথখি মদুদি মীওইবগী মাচিন্না ঙাংথোকপা ঙমহন্দবমখৈ মহাক্কী মমিং মাংখি।" *

চা ওরবা লাইশংগী অকোয়বদা, এস্কোবা ডাট্কী শন্দোক্তুনা লৈপ্রি চা ওরবা অতেক অকায়না থল্লবা পাক্লবা লমহাং, মফমদুদা লৈরি মীনা শেম্না পাৎ কয়া, পুখ্রি কয়া, মথক্তা থোং শারবা খোং-জাও কয়া; চাওনা হক্তুনা শেম-শারবা মী মকোক অমনা লুরাক্লনা য়েংথবকপগী শক্তম লৌববা চাওরবা ম্ন-থোং অমসু লৈরি, মকোক অদু নিংথিজে, ফজে, নোকমি-নোমমি তৌই, কবি হায়গনি, হেক উবদা জ্ঞান শুপ্কৎলবা, কম্বোডিয়াদা লৈবা মীগী লুরেন-শক্তমনি; (ফজবদা কনদা) লাই অমগী লৈফম, ওইফম থোকপা) শক্তি অমসুং ফজবদগী হেল্লে খন্না শারম্লবনি।* অমুক্ত উদনা-উবদা শুপ্কৎপা মফজ অমদি খল্লিবা ৱাখলবু উবদা কা ওহনবা মিনোক, মাইথোং অসিগী — "এস্কোরা মিনোক" শোয়রি তত্তনা হন্না হন্না। ম্না-থোং'সিনা তাক্লি লাইশং তাবা লম্বীঃ "থংননা লৈরিবা বেয়োন, পৃথিবীদা অনিশুদ্রবা, ভাবনা শাবদা খ্বাইদগী ফজবনি হায়বা য়াই, এস্কোবা ডাট্তগী হেন্না নিংথিজে; মসিগী শক্তম্না পৃথিবীদা লৈত্রবা অরাপ্পা গ্রহদা লৈবা সহরগী লাইশং গুমই -- ৱাখলগী ৱাংমদা লৈখ্রবা ফজবতনা লৈতেংলি; ফজরবা শৈরেংগী ৱাবেংলক্তা লৈবতনা তত্তনা মসিগী থৱাই হাপলি।" *

এস্কোবা শাগৎপগী ইথিন ভারতগী হৌখি, খামেরগী হৈ-শিংবনা মদু শেমগৎ-শাগৎখি, অনিনা পুনশিল্লগা অঙ্কপসি পুথোকখি। অচৌবা লাইশং অসি শাখিবা কম্বোডিয়াগী নিংথৌগী মমিং জয়বর্দ্ধন ৭ শুবা ভাবতকী ওইবা চপচাবা মিংনি। ডাক্তব থ্ৱগাবিচ ৱাম্সনা হায়, লমজিংলম্বা ভারতকী খুৎহৈবশিংনা চৎখ্রবা ফা ওবদা ভারতকী লমজিং ৱাখলবু কা ওনখিদে, মদুদগী (লমজিং ৱাখলদুদগী) লৌথোক্তুনা অনৌবা ৱাখলগী শক্তম তানবা খামের খুৎহৈবশিংনা মওং তানবা লাক্লখি; অসুম্না তোঙানবা মওংগী অঙ্কপা শক্তম অমা পুথোকখি; ভারতকী মপুংফানা শেংলবা শক্তমগা মসিগা মপুংদা চাংদম্নবা য়াদে। ------- খামের কলচরগী মরু ওইবা হৌফমদি ভারতকী লমজিং ৱাখলনি; মদু নৎলমদ্রবদি সেন্ত্রেল আমেরিকা মায়াজগী চা ওখৎত্রিঁঙৈগী ওইবা মফজ অদুদগী হেনবা অমা, খমেরশিংনা ফনা হোৎন্দুনসু পুথোকপা ঙম্লরোই। গ্রেটর ইণ্ডিয়াগী অতৈ মফমদগী হেন্দোক্তুনা লৈহাও চেল্লবা লমশিংদসু ভারতকী খুৎ-শা হৈবা থবক শন্দোক্লমই হায়না য়াবা তাবনি। *

ভাবতমক্তদা হান্না লৈজবা, খুৎ-শা হৈবগী ৱাখল অসুম অসুম শিথখি হায়বা অসিমক, থোকখিবা থৌদোক্লা খলহল্লি, মবমদি অনৌবা ৱাখলগী ইচেন, অমদি মসিগী তাবা ৱাখরকপনা, ৱাখল অমসুং লৈহাও শেবায়না, শীজিন্নরকই অদুগা মখোংশোম্বগী থবক ৱাৎশিল্লকই। থম্মোই ভারতনা লৈরিঙৈ লৈজবা লম্বুম অতৈদা পীথোক্লিঙৈ, মহাক্কী অৱাৎপা শরুক্লা অতৈদগী লৌরিঙৈ মশা তেক্লা, কন্নাঅমদি অথোয়বা ওইনা ভারতনা লৈরমই। ভারতনা ভারত্তা হঞ্জিনখিদুনা, মশাতবু ঙাক-শেন্নিংলক্লবা, মপানগী শক্তিগা মরী লৈনরক্লবা অদুক, মহাক্কী লুচিংবা ৱাখল মাংখখি, কান্নদ্রবা হৌপ্রবগী মিংদা,

শিংথানবা য়াবা থবক তৌদুনা, তত্তনা হেনগৎলকপা হৈঙমশিংঙমদ্রবা পুন্সিবু লেপ্লি। নিংথিনা শেমগৎশাগৎপা কলা মাংখিবনা, মদুমক মাগী মচাশিংনা খংজবা ফাওবা ঙমলক্তে।

ইউরোপকী পণ্ডিত অমদি অরিবা থীবশিংগী মখুত্তা তারে, যব, এস্কোরা, গ্রেটর ইণ্ডিয়াগী মফম খুদিংদা হন্দুনা, তৌদুনা থীবগী থবক, মরুওইনা, ফ্রান্স অমসুং পণ্ডিতশিংনা তৌগদবা মগুাইরে। চাওরবা সহর কয়া, ফুবা দলান কয়া, ফুমজিন্দুনা লৈরি লৈনুংদা, ঙাইরি মফম মফমদা মখোয়বু থিবীবক্কদ্রা হায়না। তাঞ্জাসিনা অসুম্নসু হায়নরি, অরিবা অতেক-অকায় কয়া লৈরবা, মালয়গী মক ওইবা মফম কয়াদি, থীবদা নত্রগা লম্বী শেম্নবা মচাক লৌবদা ঙম্না মাং-তাকহনগ্রে।

চহি খবগী মমাংদা, তাগোরবগী শান্তিনিকেটন্দা লাইরিক তম্বা লাক্লম্বা থায়নগী (শ্যামগী) ছাত্র অমনা, থায়দা হনগ্রগা, ইরকপা চিঠি অমা ঐহাক্লা মগোন্দগী ফংলম্মী। মহাক্লা ইরমই, “মতম পুম্নমক্তা ঐহাক্লা খঙ্গে ইশাবু, খ্বাইগা মান্নদবা লাইবকফাববনি হায়না, লাকপা ঙমজবদা আর্য্যবর্ত্তদা, চাওববা লিববা লৈবাক, শ্রদ্ধাঞ্জলি ঐনা ঙমজবা, কচ্চবদা ইবেনবোক ভারতকী খুয়াথম্বান্দা, মহাক্লা নুংশিনা চান্ন-চেৎনা কোনবীবম্মী ঐগী ইমা লৈবাকপু, নুংশিনা যোকখৎপীরমই, তম্বীরমই, করম্না অচুম অবান খংবা ঙমগদগে, নুংশিনা লৌশিনগদগে, কলচর অমসুং ধর্ম্মগী ফজবা মগুান।” মসিমক চপ চাদবা ওইবা য়াই, তৌইগুম্নসুং মসিনা পুবকলি থম্মোইদা পানবা ভাব খবমখৈ, ভাবতকী মবমদা, মযেক শেংদ্রবসু, হেঞ্জিনবা খবা য়াওববসু, মহাক্লা হায়বিবা অসুম্না হায়নবি হৌজিক ফাওবদা, খা-ভাবত এশিয়াগী লৈবাক কয়াদা। মফম খুদিংদা মজাত্তিগী বাখল পীকশিল্লকলে কনখৎলকলে, মশা মতোমতগী খল্লে, অতৈবু থাজদ্রে; ইউবোপকী মীনা শুমহৎপবু কী, অমদি লোযননা তুকচৈচ; অদুম্নদি ওইবগা ইউবোপ অমসুং আমেরিকাগা লাম্না পাগে, নত্রগা হেনগে খনবা আশাদি মরৈবি ভাবতকীদমক তত্তনা তুক্কচবা পোকই খল্লবগা মহাক্লা মীখাপোনবা; অদুবু পুম্নমক তুংওইনবগা, শম্মান উৎনিংবা পোক্লি ভাবত্তা, মক্কপ শ“নিংবগী ভাবতকী, মবমদি, হৌগ্রবা নিংশিং বাখল মমিশামদ্রি, প্রজাশিংনা কাওনদ্রি মতম অদু, ভাবতনা লৈবম্না মশামক্লা দেশশিং অদুগী, যোকপী থাকপীদুনা হোৎনবম্না চাওনবা মখোয়বু, পুথোক্তুনা অক অহেন মহাক্কী (ভাবতকী) লনগৈদগী। শন্দোকখিবগুম, খ্রীক্তগী, জ্ঞানগী মগুান, লৈবাকশিংদা, কোযনা তাবিবা, ভূমধ্যসাগবগী মপান্দা, অমদি লমদমশিংদা নোংচুপ এশিযাগী, ভাবতকী ওইবা কলচবগী মশেক-মগুানসু শন্দোকখি লৈবাক কয়াদা, থনমলি লৈবাকশিংদুদা, মুৎলবোইদবা কাওববোইদবা চিহ্ন।

“পার্শিযাদগী চীনা সমুদ্র ফাওবা” ইবমই মিলভিয়ান লিভিনা, “সাইবেরিয়াগী উন- লমদমদগী যব অমসুং বোর্নিত্তগী দ্বীপশিং ফাওবা, ওসিনিয়াদগী সোকোন ফাওবা ভাবতনা শন্দোক্লম্মী মহাক্কী ধর্ম্ম, মহাক্কী বারী অমসুং মহাক্কী সভ্যতা। মহাক্লা থনমই কাওবা য়াদ্রবা খুদম, শকক মবিগী অমদা মীওইবা জাতিগী শরক শিদ্রনা চহি চা কয়াগী মনুংদা। মহাক্লা দাবী তানবা য়ারি, পৃথিবীগী ইতিহাসতা, খংদবনা মতম শাংনা কাওহনগ্রবা মাগী ফমথোন, ফমজবা ঙম্নবা মরক্তা চাওরবা জাতিশিংগী শমপৎ হায়দুনা খুদম পীদুনা মীনুংশি খংবা থম্মোইগী লোয়ননা জ্ঞানগী।*

# মঙাশুবা পন্দুপ

## তরানিপানশুবা তাংকক

## ভারতকী অরিবা কলা

ভারতকী কলচব অমসুং কলানা অতৈ লৈবাক্তা অঙ্কপা ফংনা শন্দোক্লম্বনা, ভারতকী ৱাংমদা শন্দোক্লম্বা কলাগী থুপশ্রবা মবোন খরবু খংহল্লি। লাইবকথিবনা, ঐখোয়গী কুইরবা ফুবা-দলান, মূর্ত্তি কয়া মকওইনা অৱাং ভারতত্তা লৈবশিং অদু, মতমগী মতুংইন্না থুগাইগ্রে। "ভারতকী কলাবু খংগে তাল্লবদি ভারত মনুংতদা," সার জোন মার্শেলনা হায়, "মসিগী (কলাগী) ৱারি তত্থাইতনি খংগদবা। মপুংফানা খংগে হায়রবদি ঐখোয়না মাদুগী খোঙ্গুল লিবা তাই, বুদ্ধ ধর্ম্মনা মমিৎ পাংব-কালদগী, মধ্যএশিয়াদা, চীনা অমসুং জাপান্দা, ঐখোয়না কুপ্পা য়েংবা তাই, নৌনা হোংলকপা মহাক্কী শক্রোন, লোয়ননা নৌনা ফজবকপা শক্তম মহাক্লা ওইবকপা থুগায়বগা মচেৎ তানা, শন্দোবকপদা তিব্বেৎ, বর্ম্মা অমসুং শ্যাম তাম্না; ঐখোয়না ঙক্লা, মিৎ থকপমখৈ উগনি হাযফম খংদনা ফজবা মহাক্কী খুৎ-শা (শাগৎপা মওং) কম্বোডিয়া অমসুং যবদা। লৈবাকশিংসিগী লৈবাক খুদিংদা ভারতকী কলানা, শয়েংপাম্বোম ঙানবি তোঙানবা জাতিগী হৈশিংবগা, তোঙানবা লমগী দৃশগী ফজবগা, মহাক্কী শেমদোক্লবা শক্তম্না হোংহল্লি তোঙানবা ফীজোন।" *

ভারতকী কলানা অসুক্কী মতিক নক্লবা মৰী লৈনৈ ভারতকী ধর্ম্ম অমসুং দর্শন শাস্ত্রগা, মদুদি মসিবু মপুং ফানা ফংবা ৱাগনি, মসিগী খংদবা যাদ্রবা জ্ঞান, লৈত্রবদি, ভারতবাসিশিংগী (মপুক্লিংবু) ৱাখলবু লমজিংলম্বা। কলা অমদি ঈশৈদা লৈ, চাওববা খেৎনবা, মদুনা তোঙান তাহল্লি নোংপোক অমসুং নোংচুপকী ৱাখলবু। হৈ-শিংলবা কলাকারশিং, ফুবাদলান শারশিং, মধ্যযুগকী ইউরোপতা লৈবশিংনা, হেন্না খল্লি থোয়না চুশিন্ননা ভারতকী কলা অমসুং হকখোৎপগা হৌজিক মতমগী ইউরোপতা লৈবা কলাকারশিংদগী মখোযগী অদু (ইউরোপকী কলাকারশিং অদু) মধ্যযুগ অমদি মতুংদা গ্রীক্কী মনানা মচুশংলবা ঙাক্লি। মরমদি ভারতকী কলাদা য়াওরি, মতম পুম্বদা, ধর্ম্মগী ইথিন, অমদি মাদুদগীসু হেন্না হর্কচিন্না য়েংশিনবা, অসিগুম্বা কলানা জ্ঞান হাপই, ইউরোপতা অচৌবা তোন্দুম্বী গীর্জ্জা শারশিংবু। ফজববু লৌনৈ, মিৎয়েংনি হায়না (ৱাখলগী মিৎয়েংতনা ফজবা উই) নত্তে মশক নায়বা শক্তম, মসি ৱাখলতগী ওইবা পোৎনি মসিতনা শেমই ফজবগী মওং-মবিন/গ্রীক্লা পার্মজৈ ফজববু মশাগীদমক ওইনা, ফংলমই, নুংঙাইবত নত্তনা অচুম্বসু মদুদা, অদুগা থায়নাগী ভারতবাসিশিংনা ফজববু পামজবতা নত্তনা মখোয়না মতম পুম্বদা, হোৎনৈ হাপ্লবা, মদুগী হেন্ন হকচিনবা মনুংগী অর্থ, মখোয়না তৌবা থবক্তা, লোয়নন মনুং চনশিনবা অচুম্বগী মশেক-মঙান, মখোয়না উবম্বা ফজবগী মনুংদা। খ্বাইদগী হেন্না লুবা খুদম পীবরদা, মখোয়না শেমগৎ-শাগৎপা থবক্কী, মকওইবা শকক্তা, মখোয়না হাপই রাশি থাগৎনফম ওইবা খ্বাইনা, খংদ্রবসু কনাগুম্বা কনাগুম্বনা মখোয়না কবি নিংনা শাবা, শারম্বদুনা কবি অর্থ ফোংদোকপা। থোয়না লায়থোকপা খুদম হায়ববৃদ্ধু, ভারতাবা ৱাৎপনা কলাকারগী অনিংববু খংজিনবা ঙমদবা থাগৎপবু থিংই। চনবনা পেন্দবা পোকহল্লি, করিগুম্বদা শাওহল্লি পোৎকী শক্তসু লাকশিনবা, ঙমদ্রবদা, মসিনা অবোইবদা ৱাতেমই কলাকারদি মথৌ খংদে মথৌ পাংথোকপা ঙমদে। মসিনা মতসি'মদা পুক্লিংদগী নিংহনবা পোকহল্লি।

ঐহাক কবিমতা খংদে কলাগী মরমদা, নোংপোক্কী নত্রগা নোংচুপকী মাদুগী মরমদা খরদং হায়বা ঙম্না ঐহাক ইতিক চাদে। কবিমতা তমলক্তবা সাধারণ মীচম অমনা খংইবদুগা অন্ধানি ঐহাক্লা খংইবসি। অয়েকপা লাই নত্রগা অশাবা মূর্ত্তি, নত্রগা ফুবা দলান্না নুংঙাইবা পোকহল্লি ঐহাকপু, পুক্লিং শুক্কৎলি ঐহাকপু, হায়ফম খংদবা অঙ্কপা পোকহল্লি, মসিনা ঐহাকপু খজিক পেলহল্লি, নত্রগা কবিগুম্বদা ঐঙোন্দা মসিনা কবিসু ওইদে অমদি কবিগুম্বদা মসি শুকউ উদনা ঐনা লাম্বোকই;

করিগুম্বদা ঐহাক্না নুংঙাতবা পোকই; উকবদা, পুক্লিংদা পানবদু, ঐহাক্না ফোংদোক্না হায়দোকপা গুমদে, হৈ-শিংলবা কলাগী থবকী অক্ষ-ফত্তগী মবমদা হৈ-শিংনা ঐহাক ব্না ঙাংথোকপা গুমদে। বুদ্ধগী মূর্ত্তিনা, অনুবাধাপুরদা লৈবা, সিংহলদা লৈবা ঐহাকপু থিনা শুন্ধাৎলি, মদুগী ফোটোনা ঐগী লোয়নবা ওইবমই চহি কয়ামরুম। অমবোমদা খা ভাবত্তা, লৈবা, অফাওবা লাইশংশিং মখোংদগী মতোন ফাওবা হাংদনা হুক্রবা ময়েক শেংনা মদুনা হোংহল্লমই ঐনা হায়া খলম্না ব্রাখল, পোত্থাহলমই ঐহাক্পু নুংঙাইহন্দুনা পুক্লিংবু।

গ্রীক্কী চৎনরোন্দা মঁহে তন্নক্লবা ইউবোপ্তা লৈবশিংনা অহানবদা চাং য়েংলৈ ভাবতকী কলাবু গ্রীক্কী ওইবা ব্রাখলদা তোংদুনা। গন্ধাবা অমদি (গুমঁখেদা) সীমলাদা লৈবা গ্রীক্কী বুদ্ধ লম্বোইবশিংগী কলাবু খংলবা কাংবুনা মশক খংই খববুদি, অঁতে শক্তমশিংবুদি ভাবত্তা লৈবা, মখোয়না লৌই হুম্বা থাক্তা। কাইনথংদা খব খবদা ওইনা নৌনা অসুম চংশিল্লরুমই, শন্দোক্না মখোয়না হায়, ভারতকী কলাদি মশাগীনি, ব্রাংই, কবিগুম্না মতাংদা গ্রীক বৌদ্ধ লম্বোইবশিংগী কলাদগী লৌথোকপা শরুক অমতা য়াওদে, গ্রীক বৌদ্ধ লম্বোইবশিংগী অসিদসু ভাবতকী কলাগী মমি শান্না তাবি। অনৌবা খোংথাং অসি ইউবোপ মহাদেশতগীনা হেন্না থাজিল্লকই ইংলণ্ডদগী। ভাবতকী কলা অমদি, মসিবু সংস্কৃত সহিত্যা পানশিন্দুনা মহাদেশকী মীশিংনা হেন্না ব্রাংনা থাঙ্গৎলি ইংলণ্ডদা থাগৎপদী মসি অক্কপনি। ভাবত অমসুং ইংলণ্ড লৈবাক অনিগী মব ক্তা লৈনবিবা লাইবক থিববা বাজনিতিগী মবীনা মসি য়ৌনা কবম্না থোকহনখ্রিবনো ঐঙোন্দা তত্তনা অক্কপা পোকহল্লি। খেৎনবগী অতোপ্পা অমদি হৌফম ওইবা মবম লৈববসু কবিনো খবদি মসিদা লৈবাগুম তৌবি। ভাবতকী ব্রাখল অমদি মিৎযেংলোমদা নকশিন্না চংশিল্লকপা, ঐখোয়গী অবিবা মঁহে লনগৈ পুথোক্লবা লাক্লবদা মতেং পাংবা অমদি মদুবু পৃথিবী পুম্বনা খংনবা, শন্দোক্না তাক্লবা, হোৎনবদা তেংবাংবা সাহেব কয়া, কলাকার কয়া, পণ্ডিতশিং অমদি অঁতে মী ওই কয়া অমসু তশেংনা লৈবি। চেৎনা চান্নবা তিন্নবা মকপ মপাং ওইবা মবী, অমদি মখোয়গী তৌবীমনগীদমক, ভাবতনা তৌবীমন উৎপা মীওই কয়া অমসু লৈবি।

অদুদ্ধি ওইবগা অচুম্বা খবদি লৈবি মদুদি ভাবতবাসী অমদি সাহেবকী মবক্তা চৈখন, হেন্না চাওবা চৈখন অমদি লৈবি। ভাবতকী মাইকৈদা খনবদা থোয়না লায়না থোকই, মকওইনা ঐঙোন্দদি, মদুদি হুন্দকমক চহি খবগী মনুংদা থৌদোক কয়া থোকখি, মদুনা ঐখোয়গী থম্মোইবু ফাওবা য়াদবা শোকহল্লি। অমবোমদা মান্নবা ফল কয়া, তোঙান তোঙানবা মবম খবগী, মদুগী মনুংদা অয়াম্বনা লাল্লি হায়দুনা পৃথিবী পুম্না অশাওবা পোকহনখি, মখোয়না হায় মবান অদু মখোযগী নত্তে। তৌইগুম্বসুং ব্রাখল অদু বাজনিতিদগী হেন্না হকচিনখি, মদু খংনহৌদনা থোকখি, মাদু অযাম্বনা (ইংলিসনা) সাহেব জ্ঞান লৈবশিংবু ব্রাহনখি। (মখোয়দদি) মখোয়না খল্লি, ভাবতনা হান্না লংশিঞ্জবা পাপকী তোপ তোপ্পা ময়েক শেংবা শক্তমনি, অদুগা মখোয়না তৌবা থবক খুদিংদা মসিগী খুদম য়াওই। খ্বাইনা খংনববা সাহেব লাইবিক ইবা অমনা, ইংলিশকী জ্ঞান অমদি ব্রাখলবু থোয়না থাগত্তবসু, হুন্দক্তা লাইবিক অমা ইখি, ভাবতকী ওইবা পোৎ খুদিংমক, পুক-ফত্তবা হঙ্গোইবা, তুক্কচবা গুাক্লি হায়বা ব্রাফম্না লাইবিক অদু পীক থল্লি। মিষ্টব মিট ওয়েলন মহাক্না ইবা এস্কেপ উইদ্‌মি' কৌবা লাইবিক্তা (১৯৪১) হায়, "ভাবতকী ওইবা ব্রাখল অসি, শকলোন কয়া পুববসু থাজদবা অক্কপা কয়া য়াওরবসু তত্তনা মনিংহল্লকলি।" মহাক্না অসুম্নসু পল্লি, "নিংহন্নবা লোয়ননা অবেপ্পা লৈতবা গুণনা হিন্দুগী কলবিদ্যাগী থবকপু অমুক্তা কালি তৈর্হল্লি।

ভাবতকী কলা অমদি ভাবতকী মবমদা মিষ্টব মিৎলয়না পীবিবা মহাক্কী মত অসি মপুং ফানা চুন্নবনি। মহাক্না খল্লিবসি ঐহাকপু চুমই হায়না নিংই। ভাবত্তা লৈনা লৈনা ইশামক নুংঙাইতবনা নিংহন্নৈ, অদুগা ভাবত অপুম্ববু অমতা ওইনা মহাক্না খনবগুম্না ঐহাক্না খনবা তৌকদে। মহৌশানা, ঐহাক ভাবত মচানি, ঐহাক্না ফন য়াম্না হুম্ববসু, ঐহাকপু ইশানা ইবাই লায়না তুক্কচবা গুমদে। তৌইগুম্বসুং মসি কলাগী মবমদা খনবা মত নত্রগা য়েংবা মিংয়েংগী ব্রা নত্তে; মসি ভাব তানা অমদি ভাব তাবোই তাদবোই, জাত্তি অমবু অমত ওইনা নুংশিদবা অমসুং ফুক্প ওইনা মবী লৈননিংদবগী ব্রাফম ওইনা তৌই। ঐখোয়না মথব্রাই নাহল্লবা মীশিং অদু, ঐখোয়না নুংশিদ্রবনি অমদি তুক্কচ্চববনি, মসি চুন্নবনি।

সাহেবশিংগী মনুংদা ভাবতকী কলাবু থাগৎলিবা, কলাগী মতাংদা চৎনবা য়াবা অনৌবা অচুম্বা মত পীরিবা হায়ববু লেবেন্স বিনিয়োন অমসুং ইঃ বিঃ হাবেলতনি। ভাবত কলাগী ফীদম অমদি মনুংদা চেপ্লিবা জ্ঞানগী ইচেনগী সবেলনা মকওইনা

খংনিংবগা লোয়ননা থীজিল্লি। অচৌবা জাত্তি অমগী কলানা জাত্তি অদুগী ব্রাখল অমসুং লমচৎ-শাজৎপু য়াম্না নকশিন্না উৎলি হায়না মহাক্লা কনশিন্না হায়। হায়রিবসিগী মরুওইনা খংনিংবগা লোয়ননা থীজিল্লি। জাত্তি অমগী কলানা জাত্তি অদুগী ব্রাখল অমসুং লমচৎ-শাজৎপু য়াম্না নকশিন্না উৎলি হায়না মহাক্লা কনশিন্না হায়। হায়রিবসিগী (জ্ঞান অমদি লমচৎ-শাজৎকী) ফীজং মরুমদা লৈরিবা ফীদম্নফম ওইবা শরুকপুম্বদি থাগৎকদবনি। তোঙানবা শাসনগী মর্যাদা লৈবা জাত্তিনা, ফীদম্নফম ওইবশিং অসিবু, ভাব তাবা ঙমদ্রবা থাগৎনিংদ্রবদি, খ্বাইগী ওইবা জ্ঞানগী পামদবা, য়েংথিবগী মবা হুল্লবনি। পুকচেন পীকপা, লাইরিক হৈবগী পীক্লবা সমাজগী ভারতকী কলানা করিমতা থৌশাদে, মহাকনা হায়। মসিনা (ভারতকী কলানা) পাম্বদি মীয়াম্না খংবা য়াবা (জ্ঞান ওইনা তানশিনবা য়াবা) ধৰ্ম্ম অমসুং দর্শনগী মরুওইবা ভাবপু উৎপতনি। "হিন্দুগী কলানা লাইবিক তত্বগী (জ্ঞান তানশিনবগী) মাইকৈদা মাই পাক্লমই হায়বসি, ভারতবাসীগী পুন্সিবু কুপ্পা খংলবা কাংবুনা মুন্না খংলবা অচুম্বনি অদুগা ভাবত্তা লৈবা লৌমীশিংবু, নোংচুপকী বাহৈদা লাইবিক হৈতবা হায়না লৌববসু, পৃথিবীগী মফম কয়াদা লৈরিবা খ্বাইদগী চাওখৎলবা কাংবুগী মরক্তা ভারতকী লৌমীশিংসু য়াওববনি হায়বসিসু শেংলবনি।*

সংস্কৃত শৈবেং অমসুং ভারতকী ঈশৈদা তাকপগুম, কলাদা, কলাগী মতাং খুদিংদা কলাকার মশামক প্রকৃতিগা মুন্না শকখং মাইখংনৈ অমদি মীওইবগা,প্রকৃতি অমদি জগৎ অসিগা, মকওইনা, অমত ওইনা লৈনবা মবী, ফোংদোকই হায়না কলাকারশিংবু খঁম্নে (থাজঁম্নে)। মসিনা এশিয়া পুম্বদা লৈবিবা কলাগী অমতা ওইবা হৌফমনি; মসিনা মবম ওইদুনা, মান্নদনা, মান্নদবা জাত্তি কয়া অমদি খেৎনবা মবম কয়া লৈ হায়বসিনা চুম্নবফাওবদা, এশিয়াদগী কলাগী মনুংদা অমতা ওইবা মান্নবা অমা লৈবিবনি। ফজববা, অয়েকপা অমদি অহকপা লাই কয়া আজন্তাদা লৈবিবসি নততনা ভাবত্তা অয়েকপা-অহকপা লাই কয়া লৈতে। মসিগুম্বা মাংহনপ্রবনি। চীনা অমসুং জাপান্না লাইয়েকপদা ফাওবাগুম ভাবতনা খ্বাইদগী হেন্না ব্রাংনা মকোক, থিনগচ্চবিবা অসি মহাক্কী হৈ-শিংবা হক-খোৎপা অমদি ফুবা-দলান লৈবম্বা অসিগী মপান্ননি।

ইউরোপ্তা শক্লবিবা ঈশৈগা থীনা মান্নদ্রবা ভাবতকী ঈশৈনা মশাগী ওইবা মওংদা য়ৌনা চাওখৎলমই; মসিগী মতাংদা ভারতনা তোমথীন ঙাল্লি; চীনা অমসুং অবাপ্পা নোংপোক্কী নত্তনা এশিয়াগী ঈশৈবু ভবতকীনা মপাঙ্গল হাপলি। ঈশৈনা মতৌ অসুম্না মবী লৈনহল্লি, পার্শিয়া, অফগানিস্থান, আবব, পকিস্তানগা অদুগা খবমখৈ মবী লৈনবি আবব সভ্যাগানা চাওখৎহল্লবা অঁতৈ লমশিংগা, খুদম ওইনা হাযববদা, অব্রাং আফ্রিকাগা। হায়রিবা লমশিং অসিদা ভাবতকী লিববা ঈশৈবু থাগৎনরোইদবা (পান্নরোইদবা) লৈতে।

ভাবত্তা অমদি এশিয়াগী মফম কয়াদা ভাবতকী কলানা চাওখৎ লম্বীগী মকওইবা মচাত্তি, ধৰ্ম্মগী অফ-ফত্ত ব্রাখল তৌদনা শাবম্বা লাই-মূৰ্ত্তি ময়াম'সিনি। মূৰ্ত্তি পূজা (লাৎপবু) বেদনা য়াদে, বুদ্ধগী মহুৎ শিনবা ওইনা বুদ্ধগী মূৰ্ত্তি লি ংখৎখিবা অমদি য়েকখিবসি চাওরাক্লা পাবদা বুদ্ধ ধৰ্ম্ম শন্দোকপা লোয়শিল্লমদাইদনি। শক্তি অমদি লোয়ননা পাঙ্গল মপুংফানা উৎলবা চাওববা নুংনা শাবা বোদ্ধি সত্বাগী মূর্ত্তি অমা মথুবা-মৃজিয়মদা লৈ। খৃষ্টাব্দনা হৌরকপদা পুশান্না পানবা মতমদা শাবম্বনি।

অহাংবা হৌবকপদা ভাবতকী কলা অসি প্রকৃতিগী শরুক্লা মপুং ওইবমই, হায়বিবা প্রকৃতিগী শকক অদুগী খরদি চীনাগী ইথিন চংলমই। ভাবতকী ফীদম্নফম ওইবা শরুক্লা চীনা, জাপান য়ৌখিদুনা, মখোয়না মতা ফনা চাওখৎলকপা মতমদা, মখোয়বু শাথীনা লাকথুবগুম্না, ভাবত-কলাগী ইতিহাস-মতাং অয়াম্বদা মক ওইনা প্রকৃতিগী শরুক্লা চাওখৎলকপা মতাংদা চীনাগী থোইনশিংনবু উবা ফংই।

গুপ্তগী মতমদা, খৃষ্টগী চহি চা মরিদগী তরুক চাওবদা, গোল্‌দন এজ ওফ ইণ্ডিয়া (ভারতকী য়ৌনা চাওখৎপা মতম) হায়না কৌনবা মতমদা আজন্তগী অহো-অব্রাং শেমখি, লাইশিং য়েকখি। বাখ অমসুং কদমমিসু মতম অসিগীনি। আজন্তদা য়েকইবা লাইয়াম অদু, য়ামনা ফজববসু, মখোয়বু পুথোকঁঙৈদগী, মীওইবগী পুন্সিগী চৎনরোন্দগী মমাই লৈপ্রবা, আজন্তগী লাইয়ামগী খুৎয়োকপু পান্না হোৎনজবা, হোৎনজমনদি পংপেন পেন্দবা হৌজিক কালগী লাইয়েকপশিংদা কল্লবা ইথিন পীরমই।

মতম কয়াগী মমাংদা মংখিবা মংগুম্বা অদুম্নদি ওইরগা য়াম্না শেংলবা সংসার য়ৌনা আজন্তানা তুং হল্লকখি। বুদ্ধ লম্বোইবশিংনা লাই মূর্তিশিং অসি য়েকলম্বনি। নিপীশিংদগী চায়থোরকই, মখোয়দা য়েংলুনু মরমদি মখোয় খুদোংথীনিংঙাইনি অসুম্না হায়রমই, মখোয়গী গুরুনা মমাংদা। অদুবু নিপী ময়াম অমা অৱাৎপা লৈতনা মফমসিদা ঐখোয়না উই, ফজরবা নিপী ময়াম, নিংথৌ মচানুপীশিং জগোয়শাবী, ঈশৈশকপী, ফমদুনা লেপ্তুনা পুন্না চৎমিন্নদুনা মশা-মশাগী ফজবা উৎপা। আজন্তগী নিপীশিং ফাওরম্মী। লাইয়েকপা লম্বোইবশিংনা কয়া মুম্না নিংথিনা, সংসার অসিবু অমদি পুন্সিগী অহোংবা নায়বা (ড্রামা) লীলাবু খংজিল্লমইবনা, বোদ্ধিসত্ত্বাবু মশাগী অইংবা মগুণ, অতোপ্পা সংসাকারগী ওইবা চিংলেম্বু উহন্না মখোয়না য়েকলম্বগা কয়াদা ফজনা লাইশিং অসি মখোয়না য়েক্কমইবা।

চহি চা-তরেৎ অমদি নিপান শুবদা ইল্লোরাগী চাওরবা অহো-অৱাং, কক্কুনা তৌদুনা শেল্লমই নুংমশা অমতা ওইবা চীংদগী, থমদুনা শাদুনা অঙ্কপা ফংনা চাওরবা কৈলাস লাইশং অমা ময়াইমক্তদা, কন্নম্না মীওইবশিংনা মসিবু খল্লম্বা, অমদি খল্লগা খল্লিবদুগী মতুংইন্না মওং মরিন তাহন্দুনা শেল্লম্বা, মসি পুম্বসি খনবদা লুনা থোকই। মপাঙ্গল কল্লবা, খনবদা লুনা থোকপমখৈ ফাজরবা ত্রিমূর্তি (মকোক অমা পানবা শক্তম) গা কোন্ননা ইলিফেন্টাগী অহো-অরাংসু মতম অসুৱাইদগী লৈরকলম্বনি, খা-ভারতকী মাখল্লাপুরমদা লৈরিবা ফুরা দলান মপৈসু মতমদুদগী লৈরক্কবনি।

ইলিফেন্টা অহো অরাং মনুংদা সিবা নাটরাজ জগোই শাবা মহাদেবী অকায়বা মূর্ত্তি অমসু লৈ। হবেলনা হায়, তেক্কবা মূর্ত্তি অসিদা চিংলেম্বী ৱাখল অমদি মীওই-লাইওইবগী শক্তি অমসু পাঙ্গল য়াওরি। জগোয়-খোংলৈগা চাং-নরবসু চীংদুম্মক্লা, বুদ্ধগী মাইথোংগুম লংলবা, লেম্লবা শক্তমদা, য়াম্না ইংপ্রবা অমদি অপাম্বদা মিহৌবা য়াওদ্রবা শকফম য়াওরি।

বৃটিশ ম্যুজিয়মদা অতোপ্পা শিবা নটরাজং অমসু লৈরি, মসিগী মরমদা ইটেইন্না হ্রমই, শিবনা জগোয শাই, পৃথিবী শেমদুনা, প্রথিবী শাথেক্লা তোঙান তোঙানবা, অকীবা পোকহনবা মদুগী শক্তি উৎলি যাদু-খোল্লাওনা। বৃটিশ ম্যুজিয়মদা, লৈবা কাংলুপ পীক্তকপা অমনা নুংশিনবা মশেন শিমিন্নবগী অৱাববু শম্পৎনা উৎপদু, হৌজিকফাওবা উরি; মীওইবগী কল্লবা নুংশি ৱাখল্লক্লা, খমনুং শাৱা তানবগী পুবা শুমদ্রবা মচাক চংশিল্লকপদি, লৈতে মদুগা মান্নবা অতৈ অমা, পীক্লা মচন-সুরবা তেল্লবা ৱাৰী লাই-কাংলুপ 'সিনা। (অৱা-নুংঙাইবা, অশাওবা, অচুম্বনচিংবা) মীওইবগী ৱাখলশিংবু মীনা মহুৎশিনজিন্দুনা ইউরোপ্পা লৈবা মীনা ইবা ৱারীশিংদি পানিংদে, তানিংদে, ভারতকী ময়েক চুম্লবা ৱারিশিংসিগা চাংদম্নবদা ৱাখল য়াওদে, মরমদি মীওইবগী ৱাখলগী শক্তম্বু চপচানা লাকশিন্দুনা উৎপা ঙমদে, ৱাখলগী মরুওইবা শরুকপু লৌশিন্দুনা উৎপা ঙমদে, মরুওইনা হোংদোক-হোংজিন লায়না তৌবা য়াবনা ৱাখলগী মমি ময়েকশেংনা তানা উৎপা ঙমদে। *

যবগী বোরেবুতুরদগী কোপেন হেগেনগী গ্লিপ্টোটেক্কা পুরকপা বোদ্ধিসত্বগী মকোক অমা লৈ। ফজবা-চাংয়েং মিৎয়েংনা য়েংবদা মদু ফজরে; তোইগুম্বসুং হবেলনা হায়বগুম্না, বোদ্ধিসত্বগী শেংলবা থম্মোইনা শকয়েং-মিংশেনদা ময়েক শেংনা তাবগুম, মুন্না য়েংশিল্লগা বেদ্ধিসত্বগী শেংলবা থম্মোইবু মকোক অদুগী মাইথোংদা উবা ফংই। লুরৱা সমুদ্রগী লেমনা চিক্লবা মগুণ, লৈচিন থাংদ্রবা অতিয়া ঙমখৈগী চিক্লা লেম্বা মগুণ, মীওইবগী ৱাখলগী ৱাংমদা লৈপ্রবা ফজবা পুম্নমকপু পুন্না মকোক্তুনা উৎলি।

হবেলনা হায়, "যবদা লৈবা ভারতকী কলা অসিগী মসিনা (ভারতনা) মনুং চন্না লৈরিবা মহাদেশকী কলাদগী পুম্‌তোং তোংঙাল্লবা, মশাগী ওইবা মওংগী শাজৎ অমা লৈ। যব অমসুং ভারতকী অমতা ওইবা, হকচিন্না লেম্বা অইংবা শক্তম পুথোকপা ৱাখল অমা লৈরি; ইলিফেন্টা অমসুং মমল্লপুরমদা লৈবা হিন্দুগী অহকপা মূর্তিগী শক্তমগী লুরবা ৱাখলদু, যবতা লৈরিবা মূর্তিগী শক্তমদা চংইবা ৱাখল লৈরুবদা, পুম্নাং মাংখি। ভারত-জাপানগী কলা উবদা মীওইবগী অপেনবা অমসুং নুংঙাইবা পোকই; অসিগুম্বা অপেনবা-নুংঙাইবসিনা শান্তি ওইনা চিংলেম্ববু ফোংদোকই; মসিমক ভারতকী লোয়লমদা লৈবা মীশিংনা মখোয়গী পোক্কফম দ্বীপতা ফংজবা মনুংঙাইনি; মদুমক, চহি চা কয়ামরুম চুপ্পা লানশোক্কুরবা তুংদা মখোয়গী মপা-মপুশিংনা মখোয়গী পোক্কফম লমদমদা (ভারত্তা) নুংঙাইবা শরুক য়ানা খংগ্রবনি। *

# মঙাশুবা পন্দুপ

## তরামাপনশুবা তাংকক

# ভারতনা মীরৈবাক্তা লল্লোনবা

খৃষ্টগী অহানবা চহি ১,০০০ রোম অসিদা ভারতকী লল্লোন ইতিক পাক্লা শন্না শন্দোক্লমই, মীরৈবাক্তা লৈবা কৈথেন অয়াম্বা ভারতকী লল্লোনবশিংগী মখুৎ চল্লমই। ভারতকী লল্লোন-ইতিক্লা নোংপোক সমুদ্র খুৎ-চনশিবতা নত্তনা ভূমধ্যসাগর ফাওবা শন্দোকখি। উচিথি (মোরোক্কোগী শাবা চাবদা, মরুম মরুম তাং থমনি শাংবা উরিমহৈ) অমসুং মরুমরাং ভাবতগী থাই নত্রগা ভাবত অমসুং চীনাগী জহাজনা ভাবত লান্না তত্তনা পুই, অসুম্না হায়নৈ, এলারিক অড গোথনা রোমদগী উচিথি পাউণ্ড ৩,০০০ পুখিরমই। আকে অমৌগী পোৎ মখল কয়াগা শীন্নদুনা ভারত অমদি নোংপোক হাবমদা বোমদগী মন্না পুনরমই হায়বা অচুম্বা ৱাবম অসিগী মরমদা বোমদা লৈবা লাইরিক ইবশিংনা নুংঙাইতবা ফোংদোক্লুনা ই।

মতম অদুদা ভারত্তা অমদি অতৈ মফমদা চাওনা তৌরম্বা লল্লোন-ইতিক লম লমদুদা থোকপা অমদি শাবা পোৎ অমগা অমগা শীন্নবনি। ভাবত্তি লৈপাক লৈহাও ফৈ; অতৈ লমদা ফংদবা পোৎ য়াম্না মরাং কায়না ফংই; সমুদ্রনা ভাবতকী মফমপুম্বা শোক্লা লৈবনা অতৈ লৈবাক্তা পোৎ থাদোক থাজিন তৌবদা য়ামনা খুদোং চাবমই। নোংপোক্তা লৈবা দ্বীপশিংদগীসু লল্লোন পোৎ য়াম্না ফংই; পুথোক পুশিন তৌদুনা ভাবতকী লল্লোনবা মীশিংনা শেন্দোং তাল্লমই। মসিদা নত্তনা ভাবতকী খুদোংচাবা কয়া'মসু লৈরমই। অতৈ লৈবাক্তা ফী শানদ্রিঙৈ চহি কয়াগী মমাংদগী ভারত্তা ফী শাবমই; ফীবোন শাবগী থবক য়াম্না চাওখৎলমই। ভারত্তা শাবা ফীরোন থাপখ্রবা লৈবাক তান্না পুনরমই। খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি চা-মরি ৱাংলিঙৈদা অতৈ লৈবাক্তা থাবা চীনাদা শাবা মুগামক য়ৌনা ফত্তবসু থায়নঙৈদগী হৌদুনা ভাবত্তা মুগা শাবমই। লম লাপ্পা থাদ্রবসু মুগা শাবগী থবক ভারত্তা য়াম্না চাওখৎলমই। ফী মচু শংবগী থবকসু য়াম্না খুমাং চাওশিল্লমই; কোক্তবা মচু শেম্বগী নিযম কয়া পুথোক্লমই। মসিগী মনুংদা নীমসু অমনি ইণ্ডিয়া (নীম) হায়বা ৱাহৈ অসিমক, গ্রীক্কা মরী লৈনবা, ভারতকী লোন্নি। মচু শংবগী জ্ঞান অসিমক্লা ভারতকী লল্লোন ইতিকপু মীরৈবাক্তা পাম্নরমই।

খৃষ্টাব্দদা অহানবা হৌরকপা অদুৱাইদা, অতৈ লৈবাক্তগী ভারতনা হেন্না কেমিষ্ট্রদা হিদাক লাংথক্তা খুমাং চাওশিন্না চৎশিল্লমই। মসিগী মরমদা ঐহাক কয়া মুন্না খংদে অদুবু ভারতকী বিজ্ঞানিকশিংবু মীবোন কয়া চুপ্পা তম্বীখিবা সাব পিঃ সিঃ রায় অমদি ভারতকী কেমিষ্ট অমদি বিজ্ঞানিক তরানিথোইনা ইরম্বা হিন্দু কেমিষ্ট্রেগী ইতিহাস অমা লৈ। মধ্যযুগতা ধাতুদগী মন্না শুংবা অমদি ধাতু মথি তাম্মোকপগা কেমিষ্ট্রিগী মরী লৈনৈ। ভারতকী ফাওরবা কেমিষ্ট অমসুং ধাতু শুংবা নিপাগী মমিং নগরার্জ্জুন কৌই; খৃষ্টগী চা অহানবদা লৈরম্বা অফাওবা ফিলোসোফরগা মশা অমতনি হায়না মিং মান্নবসিনা মীশিংবু খলহল্লি। তৌইগুম্বসুং মসি য়াম্না চিংনিংঙাইনি।

ইস্পাৎ মথৌ হাপ্পা ভারত্তা মাংজৌননা খংনরমই; ভারতকী ইস্পাৎ অমসুং য়োৎ (মপান) মীরৈবাক্তা পাম্নরমই মরুওইনা অমদি লানগুম্বগীদমক্তা। অতৈ অতোপ্পা ধাতু কয়ামসু লৈরমই অমসুং শীজিন্নরমই; হিদাক লাংথক্কীদমক্তা ধাতু কয়ামরুম তিন্নশিনবগী থবক তৌরমই। মহিলাংবা পোৎ-অশেংবা শরুক ফংনবা শুংবা অমদি ধাতুবু উৎচাইহনবা ভারত্তা নিংথিনা খংলমই। হিদাক লাংথক শেম্বগী থবক মপুংফানা নিংথিনা চাওখৎলমই। অরিবা তম্নবা লাইরিকশিংদা তাংনরবসু মধ্যযুগ ফাওবদা নিংথিনা চাংয়েং তৌবগী থবক চুম্না চখরমই। থৱাইপানবা জীবশিংগী হকচাং কয়াৎ (এনাটোমি) কয়াৎশিংগী মথৌ (ফিসিওলোজি) তম্নরম্মী, হার্বেগী মমাং মতম কুইরবগী মমাংদগী হৌনা হকচাং মনুংদা ইচেনবগী মরম খংনরম্মী।

নুমিৎ, থা, থবাম্মিচাক, গ্রহনচিংবগী বিজ্ঞান, বিজ্ঞান অবিবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী ইহেন হেন্না লিববনি, বিশ্ববিদ্যলয়দা তম্নবা খংগৎপা বিষয়শিংগী মবক্তা চাংনায়না তত্তনা য়াওবক্লবা বিষয়নি; বিজ্ঞান'সিগা গ্রহশিংগী মথৌ অমদি জীবশিংগা লৈনবা মবী লৈনবা বিজ্ঞানগা পুনশিনবমই। য়াম্না কুপ্না হোৎলবা কেলেগুর পুথোক্লমই; কেলেগুব'সি হৌজিক ফাওবা য়াম্না পাম্না শীজিন্নবি। মতমগী দবকাব ওইবা পুম্না য়াওববা থাবানগী থা কয়ানা শাববা চহিগী কেলেগুবনি, মসি। অতৈ মফমদা তৌবগুম্না, পুবোহিতশিং, ব্রাহ্মণশিংনা কেলেগুব অসিবু কুপ্না শীজিনৈ, মতমগী ওইবা (খ্বাতুগী মতুং ওইনা থোকপা) উসব-মেলা কয়া অমদি উসব পর্ব্বদিয়চিংবা, কৃতিগা মবী লৈনবা সূর্য্য গ্রহণ, চন্দ্র গ্রহনগী চপ-চাবা মতম তাকপবুসু মনুং চন্না মখোয়না কেলেগুব 'সি শেমই। মীয়ামগী থাজবা অমদি চৎলিবা ধর্ম্মবু যৌগৎনবগীদমক মখোয়না জ্ঞানসিগী (কেলেগুবগী) কান্নবদু লৌশিল্লি, ধর্ম্ম অমদি মীয়ামগী থাজববু মখোয়না অন্ধবিশ্বাসতগী থোবকপগুম্না লৌই; মদুমক্তা মখোয মশাগী ইজৎ হেনগৎহল্লি। নুমিৎ, থা, গ্রহ থবাম্মিচাক্তা মবী লৈনবা বিজ্ঞানগী জ্ঞান অসি থবক্কী লমদা সমুদ্রদা চৎপা মীশিংদা য়াম্না মতেং ওইবমই। নুমিৎ, থা, গ্রহ, থবাম্মিচাকশিংগা মবী লৈনবা বিজ্ঞানগী জ্ঞান্না চাওশিল্লকপসিদা থায়না লৈবম্না ভাবতবাসিশিংনা থোযনা চাওথোকচবমই। অলেকজেন্দ্রিযাদা যুম্ফম ওইবা আববকী এষ্ট্রোনোমিগা মখোয়গা মবী লৈনবমই।

কল ইঞ্জিন শীজিন্নবদা কদায় ফাওবা চাওখৎ লম্বী য়াংশিল্লম্লবগে, হায়বদা লুনা থোকই, জহাজ শাবনা চাওখৎলবা খুৎশা হৈবা থবক ওইবমই; মকওইনা লানগীদমক্তা শীজিন্নবম্না তোঙান তোঙানবা মেচিনশিংগী মবমদা তোযনা ঙাংনবমই। হোৎনবা কল্লবা, থোয়না থাজগল্লবা ভাবত মচাশিংবু মসিনা হীবম কযাদা মখল কযা থোক্না শীজিন্নবা যাবা মেচিন পৃথোকহন্নিংলমই। খুৎশু খুৎলায় শাবদা, শীজিন্নবদা অর্মদি কেমিষ্ট্রি অমসুং য়োৎ শুংদোক শুর্ংজিন তৌবদা, মতম অদুদা ভাবতন অতৈ লৈবাক্তগী পংহন হঙ্কবমদে। মসিমক্তা লল্লোন ইতিকপদা ভাবতনা খুদোংচাবা ফংলমই, চহি চা কযামকম চুপ্না শীবৈবা ... লৈবা কেথেন্নশিংবু খুদুম চনবা ঙম্লমই।

অতোপ্পা খুদোংচাবা অমসু ভাবতনা ফংলমই মদুদি গ্রীকপু খুবৌচেনহনলম্না অদুগা মতমদুগী সভ্যতাবু পলহল্লম্না মীনাই ফুঙ্গা নাইবা অসি ভাবতা লৈবমদে; মদুমক্তা ভাবতনা চাওখৎ খোংথাংদা অপনবা লৈবমদবনি। লেপ্পা লৈতনা তেনগৎলম্না জাৎ খায়দোকপনা, মদুগী ফত্তবা শকক কযাগা লোযনববসু খ্বাইদগী তোম্ববা জাৎকা য়েংনকবদি মদুনা মীনায নাইথাং নাযনা থম্বদগীদি য়াম্না হেন্না ফৈ। জাৎ কাংলুপ খুদিংদা মশা মশেন চপমান্নবা অমদি চপমান্ননা মনিংতম্বদি মবৈবমই; জাৎ কাংলুপ খুদিংগী তোঙান তোঙানবা মথৌ লৈনবমই, মাগী মাগী খায়দোক্লবা য়ানববা থবক অদু মশা মশানা খংনা তৌনবমই। খুৎহৈবা অমসুং থবক্তা হৈশিংবগী লমদা, মসিনা, অব্রাংবা থাক্কী তোপ তোপ্পা খ্বাইগা মান্নদবা অহেনবা হাযবদুমদি ওইহল্লমই।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## কুনশুবা তাংকক

# থায়নগী ভারত্তা মেঠমেটিক্স

ভাবতমচাশিংনা ৱাখল য়াম্না লৈবনা, অমদি ৱাখলদগী থোকপা শকক্তা মমুৎতানা খম্বুবা ঙম্বনা মমাংঙৈগী ভাবতমচাশিংনা অঙ্কদা মপা লৈতনা হৈবমই হায়না মীপুম খুদিংমক্না থাজনবমই। ইহান হানবা অঙ্ক ইউরোপ্তগীনি, আলজাব্রানা আরবগীনি মদুদগী আরবকী মশীং থোকখি—অদুম্নদি ওইবগা মসিমক আরব মশামক্না মাংজৌননা ভারত্তগী লৌখি (তমখি)। অঙ্ক, জমিত্রি, অলজাব্রদা ভাবত মচাশিংনা উৎখিবা অঙ্কপা ফংনা চাওখৎখিবদু হৌজিক্তা মযাম্না খংনবমলি, অদুগা অসুম হায়নসু খংনবককলে মদুদি হৌজিক্কী অঙ্ক অমসুং আলজাব্রা অসি মমাংঙৈদা ভারত্তগী হৌখিবনি। শুৎ যাওবা ভাবতকী অঙ্ক মযেক তবানা চম্মনবদগী মীওইবগী ৱাখলবু কোকহনখিবা মতমদা অমদি মশীং থিবগী নিয়মদা মঙান তাবক্লবা মতমদা মশীং থিনবা ময়েক শীজিন্নবগী শেংদবা চম্মমনবা নিয়ম, অমসুং বোমান ময়েক অমদি মসিগা মান্নবা মশীং ময়েক পুম্নমক্কী চাওখৎলম্নদু মতম শাংনা অমুক হম্বুবক্লমই। মশীং খংনবা খুদমশিংদি অমতনি অমদি লৈবাক অতৈদা শীজিন্নবা খুদমগা পুমখেন খেয়্নবমই। ঙসিদি পুম্নমক চপমান্নবে অমদি লৈনবিবশিংদু ঐখোয়না চুমই হায়না লৌনবে। অদুগা লৈনবিবশিংগী মবক্তা অমগা অমগা খেৎনবগী হেনগৎলকপা লানফমদা য়াওবিবা মকওইবা শর্কক্তি পুম্নমক্তা ইয়াও ময়াওবি। ভাবত্তগী বাগদাদ অমসুং অতৈ গোংচুপ থংবা পৃথিবীগী শকক তান্না শন্দোকপদা চাহু চা কয়া চংলমই।

চহি চাম য়াম্ন্ৰেগী নেনোলিয়ানগী মতমদা লা প্লেসনা ইবমই, "তবা তবানা খুজিং ওইবা খুদমশিংনা মশীং পুম্নমকপু ফোংদোকপা, য়াম্না হৈ-শিংনা পুথোকপা নিয়ম, ঐখোয়দা পীবম্বসি ভাবতনি; খুদম খুদিংমক্না তাংকক্কী ওইবা মশীংগী লোয়ননা চপ চাবা চাংচৎপু খংহল্লি; হৈ শিংনা পুথোকপা কান্নববা নিয়ম হৌজিক ঐখোয়দা অসুক মতিক চম্না উই, মদুদি মসিগী অচম্বসি নত্তনা মসিগী অচুমবা শকক অদু ঐখোযনা কবিনতা নিংশিংদ্রে; মসি শীজিন্নবদা ফংবা খুৎলোযবনা তিনশিনবনচিংবা অঙ্ক-হিংসাবতা কান্নহনবনা ঐখোয়গী অঙ্কবু, কান্নবা নৌনা পুথোকপা নিয়ম কয়াগী মনুংদা খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্ত থমলি; চহি কয়াগী মমাংদা পোকখিবা খ্বাইদগী চাওববা (জ্ঞান লৈববা) মীশিংগী মবক্তা আরকিমেডিজ অমসুং এপোল্লোনিওস অনিগী খ্বাইদগী হেল্লবা জ্ঞান্দগী মসিনা হেন্দোকখ্রে হাযবসি ঐখোয়না নিংশিংবা মতমদা পুথোবকইবা অসিগী ফজববু ঐখোযনা থাগত্তবা ঙমদে। *

জমিত্রি অঙ্ক অমসুং আলজাব্রানা ভাবত্তা লৈবা হৌবকপসি যাম্না কুইববা মতমদগীনি। চাওবাক্তা হেক থোবকপা (পুথোকপা) মক্তদা বেদগী পূজা তৌফমগীদমক শেম্বা মওং ওইনা শীজিন্নবা জামিত্রিগী আলজাব্রা মখল কয়ামকম লৈবমই। নাকনগী লৈই অমা পীবগা স্কোয়াববু (মাইকৈ মবি চপ মান্নববু) বেটেং গুলাব (নাকন অনি শাংবা অনিনা তেনবা) অমা জমিত্রিগী নিয়ম ইবা খ্বাইদগী লিববা লাইবিকশিংদা মসি য়াওবি $ax = c$ জমিত্রিগী ময়েকশিং অসি ঙসি ফাওবদা ময়াম্না চপমান্ননা হিন্দু পূজা নুংজাদা শীজিন্নবি। ভাবত্তা জমিত্রিনা চাওখৎপা হেনগৎলকলি মসিগী মতাংদা মবী লৈননা গ্রীক অমসুং আলেকজেন্দ্রিয়াদি মাং থাগৎখ্রবনি। ভাবতনা মাংথানা চৎপদি অঙ্ক অমসুং আলজাব্রাদনি। দেশিমেন শীজিন্নবগী নিয়ম শুন্যগী খুদম অসি পুথোকখিবা পুথোকখিবশিং অদুদি কনানো খংনদ্রি। ইহান হান্না শূন্য খুদম শীজিন্নখিবসি, থিজিনবদা ফংবদি, মসি খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ২০০ মোম ৱাংলিঙৈদা খুৎনা ইবম্বা লাইবিকশিংগী লাইবিক অমদা য়াওবি। অসুম্নসু ওইব্রা খম্নৈ কা কাদা (দশিমেন) দশমিক নম্বগী নিয়ম অসি খৃষ্টাবন্দ হৌগৎলকপা অদুব্রাইদা পুথোকখিবমই। শূন্য নত্রগা

করিসু ওইদবা কৌনরিবা জিরো অসি অহানবদা বিন্দু অমা ওইরমই, মমৈথংদা অপিকপা অকোয়বা (সার্কল) অমা ওইখি। অতে মশীংগুম মসি মশীং অমা ওইনা খন্নখি। পুথোকইবসিগী মরুওইবা অর্থবু কনশিন্না প্রোফেসার হলষ্টেডনা অসুন্না হায়, জিরো (শূন্য) খুদম পুথোকপগী কান্নবসি হেঞ্জিন্না কদৌঙেদসু হায়জিনবা ঙমলোয়। অহাংবা করিমতা লৈতবা ওইনা মসি লৌই, মীগী লৈফম, মমিং, অয়েকপা লাই অমদি খুদম অমতা ওইবা য়াদে, মসিদগী চোংথোরকইবা হিন্দু জাত্তিগী মরম খংনবসি কান্নরবা শক্তিনি। মসিনা নির্ব্বানবু (মুক্তিবু) মওং ওহোকহল্লি। জ্ঞান অমসুং শক্তিগী সধারণ গতি মপাঙ্গল-শক্তি শেম্নবা করিগুম্বা মখলগী অঙ্কপা পুথোকপা লৈত্রি।" *

অদুবু হৌজিক কালগী অঙ্ক-মীনদি ইতিহাসকী থৌদোক অসিগী মরমদা পংহায় হায়নরক্রে। ডেন্টজিগনা মানা ইবা নম্বর হায়বদুদা ইরিঃ "চহি লিশিং মঙাবোমগী শাংলবা মতমসিদা সভ্যতা কয়ানা ফাওগৎলকপা কয়া'মনা মুনখিবা উই, সভ্যতা খুদিংনা থনমলি সাহিত্য, কলা, ফিলোসোফি অমসুং ধর্ম্মগী সত্ব মখোয় খুদিংগী তুংদা। তৌইগুম্বসুং মীওইবনা ইহান হান্না তৌদবা য়াদদুনা তৌবম্বা মশীং থীবগী লমদা কবিনো মরুওইনা পাংথোক্লমইবসে ? হোংদোক হোংজিন তৌবা য়াদবা মশীংনা অসুক্কী মতিক প্রকৃতিগী মশা ওইনা চুম্না লৈজগ্রে মসিবু তেন্না চাওখৎহনবা য়াবা, ওইবা য়াবা লশ্বী লৈত্রবনি, অদুগা মশীং থীনবা নিয়মসু অসুক্কী মতিক ককনা লৈগ্রে মদুদি চুম্নতা মশীং থীবগী থবক্তা হৈশিংলবা মীগী থবক চংলি ----- মীওইবনা চহি লিশিং কয়া চংনা নিয়মশিং (লেংদবা নিয়মশিং) অসি শীজিন্নবকলি, মদুদা থোয়না হেন্না খুৎলোয়বা কবিমতা পুথোকপা ঙম্নদ্রি; যন্দ্র শীজিন্নবগী লমদা ফন চাওখৎলবসু মদুনা হান্না লৈরিবা নিয়ম্বু চাওখৎহন্নবা কান্নবা শরুক অমতা পুথোকপা ঙমদ্রি ------ অমমম ফংবা কুইদ্রবা মতমদা খজিক খজিক ওইনা চাওখৎখিবা জ্ঞানগা চাংদম্নবদা, মশীং থীবগী মতাংদা লৈবিবা ইতিহাসনা তোপ তোপ্পা শুকলেং লেংদবা মওংগী শকম্বু উৎলি। মাইকৈ অশোম্দ, ঐখোয়গী কুমজাগী চহি চা অহানবা হৌবকপদা অঙ্ক-ফীবেপকী নিযম পুথোকখিবা মশক খংদ্রবা হিন্দু অদুগী পৃথিবীগী ওইবা কান্নরবা নিয়ম অসিবু অচুম্বনি হায়না লৌখি।" *

পুথোকইবা অসি, গ্রীক্কী চাওরবা অঙ্ক-মীশিংনা শুকথেং থেংনখিদে হায়বা অচুম্বসি খংলকপদা ডান্টাজিক চম্মনবমই। অঙাংশিংনা মীনায়শিংদা পীবা পাওতাকপু থৌওইদবগুম শীজিন্নরবা বিজ্ঞানবু গ্রীকশিংনা তুক্কচ্চবা মিৎয়েংনা য়েংবনরা ? তৌইগুম্বসুং অদুওইরবদি. জমিত্রিবু ঐখোয়দা শীন্নরম্বা, বিজ্ঞান অসিবু অসিফাওবা পুথরকইবা জাত্তিসিনা আলজাব্রাগী অহানবা অহৌবা শরুক ফাওবা পুথোক্লমদব্রা ? হৌজিক মতমদা মেথমেতিক্সকী ঙর্মখৈ-কাচিন-নুংযুংবী ওইরবা আঞ্জাব্রাসু ভারত্তগী পুথোকখিবনি অদুগা মতম অদুমক্তদা মশীংগী মওং-ফীরেপসু (ভাবত্তগী) পুথোকখিবনি হায়রিবা অসিমক মান্ননা অঙ্কপা ওইদব্রা ?"

রাহে অসিগী পাওখুম, প্রোফেসার হোগবেন্না প্রস্তাব তৌরমইঃ "মতাং অসি লৌখৎলমইবসি হিন্দুশিংন করম্না তৌখিবনো, থায়নগী অঙ্কগী মীশিংনা মসি কবিগী তৌবমদ্রিবনো, থবক্কী-মীনা ইহান হান্না মসি করম্না পায়খৎলমইবা — মসিপুম্বা খংনবা হোৎনবগী অৱাববু কোকত্রি; খ্বাইদগী চাওবা মী অমগী মশাগী ওইবা খ্বাইদগী মান্নদবা জ্ঞানবু তোপ তোপ্পা তানা থমগ্রবা সমাজ অমগী চৎনরোন রাখলগী চাওখৎপগী মহুত্তা, পোকপদগী পুথোবরুবা মী খরতগী খ্বাইগা মান্নদবা থোয়দোক হেন্দোকপা জ্ঞান্না চাওখৎলক্তুনা শন্দোক্লা উৎলকপা অদু ঐখোযনা থিরবদি খংনবা হোৎনবগী অৱাবা পঞ্জাব অদু ফাওবা লাম্ছোকপা ঙম্লোই। খৃষ্টাব্দ ১০০ দা ভাবত্তা থোকখিবা অদু হান্নসু থোকগ্রবনি। ওইবা য়াই, মদু হৌজিকমক সোভিয়েৎ রসিয়াদা থোক্লি ----- মসিবু (অচুম্বসিবু) য়াবনা, কলচর খুদিংগী মশাদা মশামক মাংলবা মোংফম য়াওজরবনি হায়বদু খংবা তাই, করিগুম্বা মসিনা, মীওইবা সমাজগী লাইরিক তম্বদা অমদি খ্বাইদগী হেন্দোক্লা, পোকপদগী জ্ঞান য়াওরক্লবা, মীগী মহৈ তম্বদা মপুক্লিং চংহন্দ্রবদি। *

ঐখোয়না অসুম্না লৌবা তাই মতমগী ওইনা পুথোক্লম্বশিং অসি কা হেন্না হৈথোয় শিংথোয়বগী চাং নায়রক্তবনা ওইরকপা মতম মতমগী ওইবা জ্ঞানগী মঙান্দগী নত্তে মসি মতম্না খুমাং চাওশিল্লকপনি, মখোয় অসি মরুওইনা সমাজগী

চৎনবীদগী থোক্তবা য়াদবন্না থোকপনি, মতম্না তকশিল্লকপা দবকাব ওইববু মখোয়না পাওখুম্বনি। মসি পুথোকপদা অমদি দবকাব হিবম ফংহন্নবদা অরাংবা থাক্কী হৈ-শিংবা দবকাব ওইরমই, দবকাব ওইবমদ্রবদি অমা নত্রগা অমা পুথোক্রবা ইনশিনবা তৌবমলোয়দবনি, পুথোক্রম্না তাববসু, মসি শীজিন্নবগী খুদোংচাবা তাঙ্গা ফংদ্রিফাওবা মসি কাওথোক্লমগনি নত্রগা নাথৈরমগনি। দরকাব ওইবম্মী হায়বসি অঙ্কগী মতাংদা ইবা লিববা সংস্কৃত লাইবিক্তগী তশেংনা খংই; লল্লোন ইতিক, সমাজগী নৈনবা মরীদা য়াম্না লুবা হিংসাব য়াওবা হিবম কয়া লাইরিকশিং অদুদা থন্না য়াওবমই। খাজনা, শেন্দোন, অমসুং শেন্দোই নৈনবা মতাং কয়া লৈবমই; থবক্তা শরুক য়ামিন্নবা, পোৎকা পোৎকা ওননবা, পোৎ ওন্থাং ওনশিন তৌবা, স্নাগী অকাম্ববু কুপ্না ওনবা থৌদোক কয়ামসু লৈবমই। সমাজগী মনুংদা মখল কয়াগী থবক থোক্লমই, সবকাবগী থবক্তা মী কয়া অমনা শকক য়াবমই, কয়া অমনা চাওনা, লাপ্পা, লল্লোন ইতিক তৌবমই। হিংসাবগী অবাইবা নিয়ম য়াওদনা হায়বিবশিং অসি পাংথোকপা ওইথোক্লমদে।

শূন্য অমদি দশমিক শীজিন্নবা ভাবত্তা হৌদোকপনা অঙ্ক অমসুং অলজাব্রা থুনা চাওখৎহন্নবা রাখলগী (জ্ঞানগী) পোবোন হাংলমই। মচেৎ তাবা অঙ্ক লাক্লে; মচেৎকী পুবিবা য়েননবা থোবকলে; অহুমগী নিয়ম পুথোবক্লে লোয়ননা মপুংফাবে, স্কায়ব অমসুং স্কায়াব রূট (লোয়ননা স্কায়াব রূটকী খুদম); কিউব্স অমদি কিউব-রূট, থাইদোকপা খুদম; সাইন্সকী টেবল;গা ৩.১৪১৬ কা মায়বা; অবেপ্পা মশীং খংদবা, মহুৎশনবা ওইনা অলজাব্রাদা ময়েক শীজিন্নবা; অচন্না অমদি য়ায়বা ইক্বেসন থন্নবে; শূন্যগী অঙ্ক পুথোক্লে। শূন্যবু অসুম্না লৌবমইঃ– $a - a = o$; $a + o = a$; $a \times o = o$; $a - o =$ ভমখৈ লৈতবা। নেগোটিপ শকক্তি রাখলসু থোবক্লমই; খুদমঃ– $\sqrt{8} = + - 2$।

হাযবিবশিং অমদি হেন্না লুশিনবা অঙ্ক খৃষ্টগী চহি চা মঙা শুবদগী তবানিথোই শুবফাওবদা অথোয়বা অঙ্ক হৈবশিংনা মথং মথং ওইনা ইবম্বা লাইবিকশিংদা যাওবি। হান্না ইবম্বা লাইবক কয়া অমসু লৈবি (বৌধয়ানা, খৃষ্টনা পোক্দবা চহি চা নিপান রাৎলিঙৈদা ইবম্বা, অপষ্টম্বা অমসুং কট্যায়না, খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি চা মঙা রাৎলিঙৈদা ইবম্বা) লাইবিক অসিনা, ত্রিএঙ্গল, বেক্টেগুলাব অমসুং স্কোয়াবনা মকওইনা শীজিন্নবা জমিত্রিগী অয়েকপা শকক লৈনৈ। অফাওবা পণ্ডিত, অর্যাডট্টনা ইহান হান্না, হৌজিক ফাওবা লৈবিবা, আঙ্গাব্রাগী লাইবিক ইখি, মহাক খৃষ্টাব্দ ৪৭৬ তা পোকখি। মশাগীন চহি ২৩ শুবদা পাঞ্জিগী (নুমিৎ, থা, গ্রহ, থৱানমিচাক্কী খোংচৎকী) অমদি অঙ্ক, আঙ্গাব্রা, জমিত্রিগী ওইবা লাইবিক অসি ইখি। আঙ্গাব্রা পুথোকপা নিপানি হায়না কবিগুম্বা মতমদা হায়নবা অর্যাডট্টনা মাগী মমাংদা লৈবম্বশিংগী থবক্ত য়ামদ্রবদা খবমখৈ থাজনা লৌবগনি। ভাবতকী অঙ্ক লাইবিক্তা মথংদা ফাওবা মিংদি ১ বা ভাস্কবগী মিংনি (খৃষ্টাব্দ ৫২২); মহাক্কী মতুংদা ব্রহ্মগুপ্ত (খৃষ্টাব্দ ৬২৮) ফাওবকই, মহাকসু অফাওবা পাঞ্জি অমনি, শূন্য জিবোগী নিয়ম শেম্লম্বতা নত্তনা মাইকৈ অশোমদা খুমাং চাওশিন্না চংশিল্লমই। মহাক্কী মতুংদা অঙ্ক অমসুং আলজাব্রা ইবা অঙ্ক-মী কয়া অমা মথং মথং থোবকখি। ইবোই লোযবা অফাওবা মিংদি অনিশুবা ভাস্কবগী মিংনি, খৃষ্টাব্দ ১১১৪ দা মহাক পোক্লমই। এষ্ট্রোনোমি, আলজাব্রা অমসুং অঙ্ক লাইবক অহুম মহাক্না ইবমই। মহাক্না ইবম্বা অঙ্ক লাইবিক্কী মমিং লিলবত্রি কৌবমই; মসি নিপী অমগী মমিং ওইবনা অঙ্কশিংগী মতাংদা য়ানবা অমা পুবকপদমক থৌনা মবিং মবাংনবা মিংনি। নহা নৈশাবী অমদা 'হৈ লিলাবত্রি' হায়না হেক হেক কৌবগা লাইবিক্তা ইবিবা শকক্তা তাকথবা ওইনা লাইবিক অসি ই। প্রমান অমুক পীকদ্রবসু লিলাবত্রি ভাস্কবগী মচানিপীনি হায়না থাজনৈ। লাইবিকসিদা ইবিবা মওং অসি চম্মই, ময়েক শেংই হৌগৎলকপশিংনা খংবদা লায়না থোকই। মসিদা যাওবিবা ফজবা লম্বাগীদমক সংস্কৃত স্কুলশিংদা লাইবকি অসি তমনৈ।

অঙ্ক-লাইবিকশিংদা (নবায়ন ১১৫০, গনো ১৫৪৫) তত্তনা য়াওরম্মী, মসি মহৌশা তৌবম্না, অদু চুম্না হঞ্জিন হঞ্জিন ইবতনি। খৃষ্টগী চহি চা তবানিথোয়দগী ঐখোয়না হৌজিক য়ৌবকইবা মতমফাওবদা অঙ্কগী অনৌবা লাইবকি অমতা লৈতে।

খৃষ্যগী চহি চা নিপান শুবদা খালিক অল-মনশুবনা পানবা মতমদা (৭৫৩-৭৭৪) ভারতকী পণ্ডিত কয়ামকম বাগদাদতা চৎখি, মখোয়না পুখিবা লাইবিকশিংগী মনুংদা মেঠমেটিক্স অমসুং এষ্ট্রোনোমিগী লাইরিক কয়া 'ম য়াওখি।

মসিগীসু মমাং ওইনা ভারতকী মশীং পুথোকপা লাইরিক কয়া হাল্লনা বাগদাদ য়ৌগ্রবনি; হন্দক্কী অসিনা মথং মথং চথরকপনি; আর্য্যভট্টনা ইবা লাইরিক অমদি অতৈ লাইরিক কয়ামরুম অরাবিক্তা হন্দোকপ্রবনি। আরবকী লমদা মেঠমেটিক্স অমসুং এষ্ট্রোনোমি চাওখৎহনবদা অমদি ভারতকী মশীংগী মরমদা ইবা লাইরিকপু খংহনবা (হন্দোকখিবা) লাইবিকশিং অসিনা মতেং পাংলমই। মমৈদা বাগদম মহৈ তম্নবা ময়াই থোকপা লম ওইখি; গ্রীক অমসুং যীউ পণ্ডিতশিংনা মফম অসিদা লাক্লখি; মখোয়না লাকপদা গ্রীকী ফিলোসোফি, জিওমিত্রি অমসুং সাইন্সকী লাইবিক কয়া পুবকখি। বাগদাদকী কলচরগী শক্তি মুশলমানগী লৈবাক পুম্নদা মধ্য এশিয়াদগী স্পেন ফাওবদা শন্দোকখি; পাকচাওরবা লমদম অসি শিনবা থুংনা আরবিক্তা হন্দোক্লবা ভারতকী মেঠমেটিকসু শন্দোকখি। মশীংবু আববশিংনা "হিন্দুগী (ভারতকী) অঙ্ক ময়েক" কৌনরমই। মশীংবু আরবিক রাহেনা "হিন্দসাহ" হায়বদি "হিন্দদগী" হায়বা কৌনবমই।

আববকী ওইবা পৃথিবী অসিদগী শন্দোক্লনা অনৌবা অঙ্কশিং অসিনা ইউবোপকী লৈবাকশিংদা য়ৌখি; চাওবাক্লা স্পেনগী শৃবিশ বিশ্ববিদ্যালয়শিংদগী শন্দোকখিবনি; মমৈদা ইউবোপকী অঙ্কশিংগী হৌফম য়ুম্ফম ওইখি। অনৌবা অঙ্ক মশীংশিং শীজিনবদা য়ানিংদনা মায়োক য়াবা কয়া অমসু ইউবোপতা লৈবমই, অসিগুম্না মশীং ময়েকপু মূক্লবা (অচুম্ববু থাজদবা) খুদমগী ময়েকনি হায়না খল্লরমই। (মুক্লবা খবা লৈবনা) অনৌবা অঙ্ক মশীং অসি খ্বাইনা মায়না চংনবদা চহি চা-কয়া চংলমই। ইহান হান্না শীজিন্নে হায়না খংবসি শিসিলিগী ১১৩৪ গী শেন ময়েক্তগীনি; ব্রিটেন্দা ইহান হান্না শীজিন্নবনা ১৪৯০ দনি।

ভাবতকী বাজদুতনা লাইবিক পুদুনা বাগদাদতা চংত্রিঙৈ মমাংদগী হৌনা তাবতকী অঙ্কশিং (অঙ্ক, আলজাব্রা, জমিত্রি) মকওইনা মশীংদা দশামিক শীজিন্নবগী জ্ঞান, নোংচুপ এশিয়া শিনবা থুংনা শন্দোকখি হায়বসিনা শেংলর্বা-। সাইবিযাদা লৈবা মীবু হন্দুনা যেংবা গ্রীকী পণ্ডিত খবনা মশাগী নাপলগা অতৈ জাতিবু খুয়া উফুনগুম য়েংবদা থম্মোই শোক্লবা সাইবিয়া পণ্ডিত-লম্বোইবা অমনা মশাগী য়ানিংদবা উত্তুনা ইবদা, নুংঙাইবা রাবেং মতেক অমা য়াওবি। সেভেবস সেবোখ্ট মহাক্কী মমিংনি; ইউফেঅটিস তুবেন মপান্দা শাবা খৃষ্টান লম্বোইবীশিংগী পুননা লৈবা যুমদা মহাকসু লৈবমই। খৃষ্টাব্দ ৬৬২ দা মহাক্লা ইবনি, গ্রীকশিংদগী সাইবিয়াগী মীশিংনা হীবম খুদিংদা কবিমতা নোপতে হাযনা উৎনবা মহাক্লা লাক্লে। খুদম ওইনা মহাক্লা ভাবতবাসিশিংবু পল্লমইঃ "হিন্দুশিংগী বিজ্ঞানগী মতাংদা লৈনবা পুন্না ঐহাক থর্মখিগে, হিন্দু'সি সাইবিযাগী মীগুম্না নত্তে; এষ্ট্রোলোমিগী বিজ্ঞান্দা অতৈনা খংবদা ভমদবা মথৈ কুপ্পা মখোয়না পুথোকইবা অমদি অতৈ হীবমদা পুথোকইবসি গ্রীক অমদি বাবিলোন্দা লৈবা মীশিংনা পুথোকপদগী ওহোক্লা হেন্না শিংনা কুপথবা হেল্লি; মখোয়না পুথোকইবা হিংসাব অসি শন্দোক্লা তাকপা ওম্বগী রা লৈতে। মসিমদি ঐহাক্লা হায়নিংই মখোয়গী হিংসাব অঙ্কসি খুদম মাপলগী মতেংনা হোৎলি। মখোয়দি গ্রীক লোন লোল্লি, অদুনা মখোযদি বিজ্ঞানগী অরোয়বা ভমথৈ য়ৌনা হৈবে হায়না থাজবশিংদুনা হায়বিবশিং অসিবু (ভাবতকী লুববা হিংসাব অঙ্কসিবু) খংলবা মদু নত্তবা অতৈ খংবা মী কাংলুপ অমসু লৈবি হাযবসি মখোযদা থাজহনগদর্বা-। *

ভাবত্তা চংনরিবা মেঠমেটিক্সনা হৌজিক মতমদা চংনবিবা তোপ তোপ্পা মখলগী অঙ্ক ময়েক্কী মরমদা শোযদনা খঙহনগনি। মসি শ্রীনিবাস য়ামনুজনি। ভারত্তা লাইরবা ব্রাহ্মান ইমুং অমদা মহাক পোকই; লাইবিক নিংথিনা তম্নবা খুদোংচাবা ফংদবনা মাদ্রাজ পোর্ট গ্রাষ্টকী মহাক কেরানি ওইবমই। খ্বাইদগী থোয়দোক হেন্দোকপা কশাগা কোম্নজবকপা জ্ঞানগী শক্তি নমথদুনা থমবা ভমদবা মহাক্কী জ্ঞান কোঙ্গোল কাখৎলকপগুম হেনগৎলক্লমই, মহাক্কী অহাংবা মতমদা মহাক্লা মশীং অমদি ইকেল তৌদুনা হেক হেক শান্নরমই। মবাইবক ফবগী তাঞ্জা লাকখিবনা, ইংলণ্ডগী কোম্ব্রিজদা শেনগী নত্তনা নুংঙাইদুনা হোৎপা অঙ্ক থাবা অঙ্ক-মী অমা থেংনখি। মদুদগী কেরানীগী থবক মহাক্লা থাদোক্লে অদুগা কেম্ব্রিজদা চংখি, মফমদুদা মতম খরা মহাক্লা লৈরুবদুদা মমল য়ামগ্রবদা, ভকপ্রবা মশাগী ওইবা থবক খবা মহাকনা পুথোকখি। বোয়েল সোসাইটি ওফ ইংলণ্ডনা মখোয়না চখফম থোকপগী রাংমদা চখদুনা মহাকপু ফেল্লো অমা ওইহনখি (মঙোন্দা ফেল্লোসিপ মিংথোন পীখি); তৌইগুম্বসুং চহি অনিগী মতুংদা মশাগী চহি ৩৩ শুরকপদা মহাক বন্ধাবনা নাদুনা শিখি। ঐহাক্লা থাজে, প্রোফেসার জুলিয়ন হক্সলিলা মহাকপু পল্লদুনা মতমদুগী মহাক্লা খ্বাইদগী ফবা চাওবা মেঠমেটিশিয়ন্নি হায়খি।

রামানূজগী পুন্সি মতেক, মহাক্লা লৈখিদবা, অসিনা ভারতকী তমজনিংঙাই ওইবা খুদম অমনি। ঐখোয়গী প্রজা কোটি কোটিগী মনুংদা খবদনা লাইবিক নিংথিনা তম্না ফংই, কয়া'মনা চরা হেন্নিং হেন্নিং তৌনা হিংই, লাইরিক খরা তমজগদবশিং অদুগী মরক্তসু কয়া অমনা মখাতানা তমথবা ওন্নমদে মখোয়না তলব খজিক্কীদমক অফিসতা কেরাণীগী থবক তৌবা তাবমই; মহাক্লা ফংইবা তলব অদুদি ইংলণ্ডদা থবক ফংদদুনা লৈবা মী অমনা চারি থকইবা খবচ ফংবা নত্তে। কবিগুম্না পুন্সিগী লমবী ফাগৎলিবা চানবা চিঞ্জাক পীবীববা, হকচাং ফনা লৈহন্নবা, লাইরিক লাইশু তম্নবা অতৈ খুদোং চাবামখৈ ফংহনবীববদি (ভারত্তা লৈবিবা) মী কোটি কেটিগী মনুংদা অয়াম্বনা মকোকথোংবা সাইন্টিষ্ট, ইদুকেসনিষ্ট, টেক্লিসিয়ান, ইন্দষ্ট্রেলিষ্ট, কবি, কলাকাব ওইদুনা অনৌবা ভাবত অমা অমদি অনৌবা পৃথিবী অমা শেমগৎপদা মতেং ওইগনি।

# মঙাশুবা পন্দুপ

## কুনমাথোইশুবা তাংকক

## চাওখৎলকপা অমসুং হাইথরকপা

খৃষ্টাব্দ হৌগৎলকপা অহানবা চহি লিশিং অমগী মনুংদা, লান তাহল্লকুবা মবম লৈবনা অমদি মনুংগী খৎন চৈনবনা থোকহনবা খুদোংথীবনা ভারত্তা অমুক হাইগৎপা অমুক হাইথবা কয়া থোক্লমই। পাঙ্গল থোক্লা কনখৎলকপা, মাইকৈ মবিদা শন্দোক্লকগা জাত্তিগী কনখৎলকপা পুন্সিগী মতাংনি। খম থেংনা সভ্যতা ফংনা কলচবনা চাওখৎলমই; ফিলোসোফি, সাহিত্য, দ্রামা, কলা, বিজ্ঞান অমদি মেঠমেটিক্সতা যৌনা চাওখৎলমই। ভাবতকী অর্থনিতিনা মকাফল্লকপনা ভাবতকী ঙর্মখৈসু পাকথোক্লমই। ঙর্মখৈসিগী মনুংদা অতৈ লৈবাক কয়া চংশিল্লকখি। ইবান, চীনা, হেল্লেনিক ব্রাবল্ড (গ্রীক মখাপোনবা পূমবা), মধ্যএশিযাগা মবী লৈনবকলে।, মদুগী মথক্তা নোংপোক সমুদ্রবোমদা কন্না তকশিনখিবনা ভাবতকী লোযলম কযা'মা শেমগৎশ্রে লোয়ননা ভাবতকী কলচবনা ভাবতকী সীমনা লান্না শন্দোকখ্রি। চহি ১,০০০ সিগী মযাই চল্লকপদা, খৃষ্টগী চহি চা মবিগী অহানবদা হৌগৎলকপদগী চহি চা তকক ফাওবগী মনুংদা গুপ্তা সম্রাজনা খমথেংনা চাওখৎলমই, পাক্লা শন্না শন্দোক্লবা জ্ঞান অমদি কলাগী তৌবগুম্বা শক্তিগী মহুৎশিনবা চিহুৎ (খুদম) অমদি হৌগৎপা গুপ্ত সম্রাজনা ওইবর্মী। মতম অদু স্নাগুম (স্নানা মমল যাম্বগুম) চাওখৎপদা খমথেংলবা নত্রগা লিববা যুগ কৌনবমই; লিববা সংস্কৃত সাহিত্যদা মতমদুদা ইবম্নদুনা উৎলি প্রজাশিংনা ইংনা পানবা, প্রজাশিংনা থম্মোইমক যাওনা মপুংফানা থাজবা, সভ্যতানা খমথেংনা ব্রাংলবা মতমদা লৈবগী খুদোংচাবা ফংবদগী পোকপা নাপলগী মশেক মঙান, লোয়ননা মশাগী লৈজবা জ্ঞান অমদি কলাগী খমথেংবা শক্তি শীজিন্ননিংবা।

গোল্ডন এজ লোযদ্রিঙৈদা শোম্বকপা অমসুং হাইথবকপগী খুদম উবা ফংলমই। অত্তৌবা হুনশিংনা কাংলুপ নাযনা মথং মথং অব্রাং নোংচুপ লোমদগী লাকই, হন্না হন্না মখোযবু তকথোকখি। তৌইগুম্বসুং মখোয়না হন্না হন্না লাক্লমই অদুগা অব্রাং ভাবত্তা তপ্পা তপ্পা চংশিল্লমই। চহি চা মখাই অমবোম অব্রাং শিনবা থুংনা মখোয় মশামক্লা লৈবাক ব্রাযেল্লমই। গুপ্তগী অবোয়বা নিংথৌনা মধ্য ভাবতকী নিংথৌ যশবর্ম্মবগা য়ানবা অমগী মখাদা তিন্নদুনা হুনশিংবু তাম্থোকলমই। মতম শাংনা লান শোক্লবকপনা বাজনিতি অমসুং লাম্মীগী মতাংদা ভাবতনা শোম্বকলমই; অদুগা অব্রাং ভাবত্তা মতম নুংশাংনা শুন যাম্না লৈবকপনা অব্রাং ভাবত্তা লৈবা মীশিংগী মবক্তা অনৌবা অহোংবা অমা পুবকখি। মীবৈবাক্তগী লাকপনা লৈবম্বশিংগা অমতা ওইমিন্নশিনবগুম মখোয়সু ভাবতকী মীশিংগা অমত্তা ওইনা পুনশিনখি, অদুম্নদি ওইবগা মখোয়গী অমদি লেংদবা লৈবনা ইন্দু-এবিয়ান (ভাবত আর্য্যা) জাত্তিগী লিববা মতম কুইববা লৈবল্লবা ফীদম্নফম ওইবা শককপু মযেং তাহল্লমই। হুনগী মবমদা ইবম্বা শকক অসি মখোয়গী কা হেন্না নুংশিহৈতবা অমদি তমথীবা লিচৎ শাজৎনা থল্লি; লান অমসুং শাসনগী মতাংদা ভাবতকী ওইনা হান্না লৈজবা মওং অমসুং চাংচৎ অদুগদি মখোযগী লিচৎ শাজৎকা তাইওন্নবমই।

খৃষ্টগী চহি চা তবেৎ শুবদা হর্ষগী মতমদা বাজনিতি অমসুং কলচব অমুক হিংগৎলক্লমই নৌনা ময়োন চোংলমই। গুপ্তশিংগী নিংথিজববা কোনুং ওইবম্না উজ্জয়িনী (হৌজিক্কী উজ্জয়িন) অমুক হন্না কলা অমসুং কলচবগী ময়াই থোকপা মফম ওইবল্লম্মী লোয়ননা মপাঙ্গল কল্লবা লৈবাক অমগী তুংনফম ওইবমই। তৌইগুম্বসুং মতুং তাবকপা চহি চা কযামগী মনুংদা মসিসু শোম্বকলে লোয়ননা ময়েং তাথবকলে। চহি চা-মাপল শুবদা গুজবাট্কী মিহিব ভোজনা অব্রাং অমসুং মধ্য ভাবত্তা অপুনবা ষ্টেট অমা শেমগৎলমই, কনৌজদা কোনুং ওইবমই। সাহিত্যসু মকোক লিখৎলক্লমই, বাজসেখবনা মসিগী মকোক

ওইবমই। অমুকহন্না, চহি চা তবামাথোই শুবদা অতোপ্পা ভোজ অমনা খুৎকন পাঙ্গন্না খ্বাইগী চংজফম ওইনা ফাওগৎলকখি উজ্জায়নীদা অমুক হন্না অচৌবা কোনুং শেমলমই। হীবম কয়াদা খ্বাইনা খংনববা অফাওবা নিপা ওইবম্মী ভোজ অসি। মহাক গ্রামাব ইবা, ডেক্সনরি লেংবা নিপা অমনি মেডিসিন্দা (হিদাক লাংথক শেমশাবা পুথোকপদা) এষ্ট্রোনোমিদা (নুমিৎ, থা, গ্রহাগী খোংচৎ চাংয়েংদা) মথৱাই য়াওবমই। কলা অমসুং সাহিত্যবু শেমগৎ-শাগৎপা চাওখৎনবা হোৎনবা নিপা অমনি মহাক; মহাক মশামক কবি অমনি লোয়ননা লাইবিক ইবা নিপা অনি, মহাক্না লাইবিক কয়ামকম ইবমই। অচৌবা, লাইবিক হৈবা অমসুং থৌজান হৈবগী মহুৎশিনবা খুদম অমা ওইনা মহাকপু, খ্বাইনা খংনববা ভাবনা শাবা ৱাবীমচা নত্রগা ফুনাক ৱাবী ওইনা মাগী মমিং পন্নবমই।

মতেক মতা ওইবা নুংঙাইববা শকক কয়া লৈন লৈনা, মনুংগী অশোনবা শকক্না ভাবতপু খুদুম চনশিনখিবমই। মসিনা ভবতকী বাজনিতিগী ফীবমতা নত্তনা শেমগৎ শাগৎপগী থবক পুম্নবুসু শোকহল্লমই মসি থোকখিবগী মতম তাবিক লৈতে; থোকইর্বসি তপই, তপ্প তপ্পা চংশিল্লকই; মসিনা খা-ভাবতকী অৱাং ভাবতপুনা হান্না পায়বমই। বাজনিতি অমসুং কলচবদা খানা থোযনা হেন্না মকওইবমই। মসিগী মকওইবা মবমদি তত্তনা মথং মথং লান্দাবকপনা খা-ভাবত যৌবকপা ঙল্লমদে, লাইবিক ইবশিংনা, কলাকাবশিংনা অমদি যুমশা- কৈশাদা হৈ-শিংলবশিংনা অৱাং মাইকৈগী তত্তনা থোকইবা পুক্লিং লৈতাবা ঙমদবা অসিদগী নাম্ছোক্লবা খা ভাবত তম্না চৎনবমই। অফাওবা ৱাযেনশং লৈবা খা ভাবত্তা লৈবা খুৎকন পাঙ্গলবা লৈবাকশিংনা মীশিং অসিবু তবান্না কৌশিল্লমই; ফুবা দলান শেমগৎ-শাগৎপগী খুদোংচাবা যাওনা পীবমই; অদুনা খা ভাবতকী মফম পুম্নদা খুৎ শা হৈবগী খুদম ৱাৎপা লৈতে।

মতম অমদা তত্তনা তৌবম্নগুম্না অৱাং ভাবতনা ভাবত পুম্না খুদুম চল্লমবগুম, ষ্টেট মচা কয়ামকম থোক্না খাযদোক্লবসু, মফম অসিদা লৈবা অয়াম্না ইনাকখুল্লি, কলচব অমসুং ফিলোসোফিগী ময়াই থোকপা মফম কযামকম লৈবমই। বিনায়স হান্নদগী হৌনা ধর্ম্ম অমসুং ফিলোসোফিগী তুংনফর্মনি; অনৌবা হীবমদা হঞ্জিন্না চংশিল্লক্লবা নত্রগা অবিবা হীবসু অনৌবা মওংদা ইথোকপা মী খুদিংমক্লা মশানা তৌবিবদু অচুম অবান যেংদুনা চুমথোক্লবগীদমক মফমসিদা লাক্লবমই। কশ্মীব, বুদ্ধ ধর্ম্ম অমসুং ব্রহ্মণ ধর্ম্ম চর্চ্চা তৌবম্না অবিবা সংস্কৃতকী, মতম শাংনা মযাই থোকপা মফম ওইবম্মী। চাওববা বিশ্ববিদ্যালয় কয়া লৈবমই, মদুগী মনুংদা খ্বাইদগী মমিং চৎলবা নলন্দ, মফমসিদগী পণ্ডিত কয়া থোকখিবগীদমক ভাবতশিনবা থুংনা ইকাই খুম্নবি। নলন্দ য়ৌপ্রবা, কলচবদু শীংথানবা য়াববনি। বিশ্ববিদ্যালযসিদা চংদুনা তম্না অবাযবা নত্তে; হাননা চৎনবী তাংকক অমা য়ৌনা মহৈ হৈবা মীওবু মিং চলহল্লমই। বিশ্ববিদ্যালয়গী অহানবা ডিগ্রী ফংলবা মখা তমথনবগীদমক মমিং চৎলম্মী, চীনা, জাপান, তিব্বৎতগী ছাত্রশিংনা (মহৈ তমথবা) লাক্লবমই, অসুম্নসু হায়, কোবিযা মঙ্গোলিযা অমসুং বোখাডাদগীসু লাক্লবমই। ধর্ম্ম অমসুং ফিলোসোফিগা মবী লৈনবা বিষয়শিংতা নত্তনা (বুদ্ধ ধম্ম অমসুং ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম) ধর্ম্মগা মবী লৈনদবা অমদি খুৎ-শা হৈবগী বিষয় কয়ামসু মফমসিদা তম্বীবমই। কলাবিদ্যাগী স্কুল অমা লৈবমই লোযননা খুৎ-শা হৈবগী থবক তৌবা ডিপার্টমেন্ট অমসু লৈবমই, মেডিকেল স্কুল, লৌউ-শীংউবগী ডিপার্টমেন্ট; শা-ষন লোয়বগা কোন্নবা শঙ্গোমগী থবক তৌবা ডাইবি ফার্ম অসিনচিংবসু লৈবমই (বিশ্ববিদ্যালয়সিগী মখাদা)। অফ-ফত্তা য়েংনবা খন্নবা বিশ্ববিদ্যালয় অসিগী জ্ঞানগী লমদা থৱাই হাপ্পনি হাযনবমই। ভাবতকী কলচববু মীবৈবাক তান্না মনিং তৌনা শন্দোকপা ঙম্বদি নলন্দদগী থোবকপা পণ্ডিতশিংগী মপান্ননি।

বিহাবগী মনুংচনবা হৌজিক্কী ভাগলপুবগী মনাক্তা বিক্রমশীলা বিশ্ববিদ্যালয় লৈবমই, কাঠিয়া ৱাবদা ভিল্লাভায় লৈবমই। গুপ্তশিংনা পানবা মতমদা উজ্জবীনি বিশ্ববিদ্যালয়না খ্বাইগী মকোক ওইবমই। খা-ভাবত্তা অম্রাবতি বিশ্ববিদ্যালয় লৈবমই।

অদুবু চহি কোটি অমা শিজিল্লকপগা লোয়ননা সভ্যতাগী নুংথিন্না চায়থবকপগুম পুম্নমক শিথবকখি, অয়ুক্কী নিংথিজবম্না মশেক মঙাব্দু শিথবকখি, লম য়ৌনা ঙাল্লম্না নুমিৎয়ুংবগী মতমদু হৌখি। খা-ভাবত্তা, মতিক মগুণ অমদি মপাঙ্গল

খাজিক শাংথবমই, চহি চা কয়া অমা চুপ্পা খাংলমই, ভাবতকী ব্রাংমদা ভাবতকী লোয়লমদা, মথং চহি কোটি অমগী খাইবোক চনবা ফাওবদা অতে লম লৌশিনবা ওস্বগী আশা অমদি মপাঙ্গল লৈরমই। অদুবু থম্মোইদা চেনবা ই কংশিল্লকখি, মিহুনগী তাম্বা তপ্থরকখি, লোয়ন লোয়ননা কনশিল্লবা ই অমদি চোথবকপা শকক্সা খোংতোন য়ৌনা শন্দোকবকখি। দর্শন শাস্ত্রগী মরমদা খন্ন-নৈনবা দর্শন অমদি মেটাফিজিক্সী মবী লৈবা অচুম্বা থিবনা মতম শাংনা চথবক্লবসু খৃষ্টাব্দ চহি চা নিপান শুবদা সংস্কারগী মতুংদা দর্শন শাস্ত্রদা অফাওবা কনা অমতা থোকখিদে। ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম অমসুং ধর্ম্ম অসিবু শিথবকখি, তোঙান তোঙানবা মওংগী পূজা-আর্চ্চনা, মকওইনা তন্ত্রিক্কী তোঙান তোঙানবা পূজা অমদি যোগ সধ্যগী নিয়ম কয়ামকম্দি চাওখৎপা হেনগৎলকখি।

সাহিত্যদা ভবভূতি (চা-নিপান শুবদা) অবোয়বা অফাওবা মীওইনি। লাইবিক কয়া ইবকখি, অদুবু ইবিবা মওং অদু চন্নৈনৈ থোয়না ময়েক শেংদে, অনৌবা ব্রাখল অমদি নৌনা থুক লাওবা কবিমতা পোক্তে। অঙ্কপা, অনিশুবা ভাস্কাবনা (খৃঃ চা তবানিথোয়শুবদা) অবোয়বা অফাওবা ওইখি। কলা বিদ্যাদা, ইঃ বিঃ হাভেলনা হৌজিক্কগীসু হেন্না শাংথনা ঐখোষবু চেস্থনা পুবকলি। ব্রাখলবু ফোংদোকপা শক্তম্না কলা'মা ওইনা মপুং ইফা ফাদে হায়না মহাক্না হায, খৃঃ চা তবেৎ অমসুং নিপান শুবদা হক্তুনা শাবা লাই অমদি অয়েকপা লাইনা ভাবত্তা মপুংফানা পুথোক্লিবা ফাওবদি কলাবিদ্যাগী শক্তম মপুং ইফা ফাদে হাযনা মহাক্না হায়। খৃঃ চা তবেৎ নত্রগা নিপান শুবদগী চা তবামবি শুবা ফাওবদা, মহাক্না হাযবদি, ইউবোপ্তা গোঠিক (ফ্রান্স) কলাবিদ্যানা পন্দোন লোম্না চাওখৎপগী থার্ক য়ৌবকপগা মতম মান্ননা ভাবতকী কলানা চাওখৎপা মতম ওইখি। মহাক্না মখা তানা হায়, খৃঃ চা তবাতকক শুবদা ভাবতকী লিববা কলানা নৌহৌননা পুক্লিংদা থুক্ লাওবা পোকহনবগী শকক শিথবে খংনা শিথবকখি। হায়বিবা ব্রাখলগী অচুমবা থিবসি কদাযফাওবা চুম্বগে হাযবা ঐহাক খংদে, অদুবু ঐহাক্না খনবদি কলাবিদ্যাগী লমদা অৱাং ভাবত্তগী হেন্না মতম শাংনা খা ভাবতনা মতম শাংথনা লিববা কলাগী চৎন নিয়ম্মু শাংখাহংখি।

অবোযবা লোযলম শন্দোকপগী থবক অযাম্বা, খা ভাবত্তনা, খৃঃ চা মাপন শুবদা পাযখৎখি, অদুবু খৃঃ চা তবামাখোয শুবদা চোলানা শ্রীবিজয়া মাইথীবা পীদুনা জয তৌবা ফাওবদা চোলানা খা ভাবত্তা খুৎকন পাঙ্গলনা লৈবমই।

ভাবতকী শেমগৎ শাগৎপগী মকওইবা মচাক অমদি হৈশিংবনা মাংশিল্লক্লবদা ভাবতনা লোয়শিল্লকপা ঐখোযনা উই। ফীবমসি ওইবকপদা তপই, অৱাং ভাবত্তগী অহানবা হৌবকপনা মমৈদা খা ভাবত যৌবকখি, অসুম্না চহি চা কয়া চংখি। বাজনিতি লৈপাক ব্রায়েনবনা ময়েং তাথবকপা, কলচবগী চাওখৎ খোংথাংনা নৈশিন্দুনা য়াক্তুনা লৈবগী মবমদি অসি কবিনো ? মীপুম খুদিংদা থোকপগুম সভ্যতা শোকচিল্লকপসি চহিনবা নত্রগা হেনগৎলকপা হন্থবা নায়বা মখল অমগী ইথক্লবা ? নত্রগা মপানগী ওইবা নত্রগা হেনগৎলকপা হন্থবা নাযবা মখল অমগী ইথক্লবা ? নত্রগা মপানগী ওইবা মবম কয়া অমদি লান্দাবকপনা থোকহল্লিববা ? বাধাকৃষ্ণণ্না হায় বাজনিতিগী নিংতমবনা মাংথবকপগা লোযননা ভাবত্তকী ফিলোসোফিস্ ময়েং তাথবকই। সেন্ডয়ান লিভিনা ই " La cutture sanscrite a fini avec la libere de l'inde, des langues novelles, des litteraturers viofells ant envahi la territoire aryenne et lin ont chassé, elle s'est réfeegiée dans les colleges et y a pris un air pedantesque "

পূম্নমক 'সি চুমই, মবমদি বাজনিতিগী নিংতম্বদা মাংলবদা কলচবসু শোয়বা লৈতনা ময়েং তাথবকই অশাংবা খব হান্ননা থোক্তনা বাজনিতিগী নিংতম্বনা কবিগী মাংথবক্কদৌবিবনো ময়েং তাথবক্কদৌবিবনো ? মীথোয় মীহেনবগী শক্তিনা লৈবাক মচা অমবু লায়না মকোক ঙাওহনবা ঙমই অদুগা লৈবাক মনুংগী ওইনা (হান্ননা) মাংথদ্রবদি নত্রগা লান্দাবকপনা লান্দা হেন্না থোয়না হৈশিংদ্রবদি মপান্দগী লান্দাবকপদা ভাবতকুম্বা চাওববা মপুং মবৈ ফাববা য়ৌনা চাওখৎলবা লৈবাক্না মাইথিগদবা লৈতে। চহি লিশিং কয়ানা লোয়শিল্লক্লবদা ভাবত্তা মনুংগী ওইনা ময়েং তাথবকই হায়বসি তশেংনা চুম্লবনি।

সভ্যতা খুদিংগী পুন্সিদা মচেৎ কয়া থোক্লা কায়বকপা অমদি মাংথবকপদা মতম তত্তনা থোকই, মহৌশাসু অসিগুম্না মতম ভারত্তা থোকখি; তৌইগুম্নসুং মতম খবা তুমলুবগা মশা তগৎ-তেকখৎলকপগুম ভাবত্তি শিথকরগা অমুক মপাঙ্গল

কনখৎলকখি, ইনৌ নৌবা নহা অমগুম মপাঙ্গল কনখৎলকখি। শক্তিগী ময়োম্না লেংদনা লৈবনা মতম পুম্বদা তগৎ-তেক্লা মশা কনখৎলকই অমুক হন্না চাওখৎলকই, করিগুম্বদা মহৌশা ওইখিবা শরুক্লা খরমখৈ খেৎনরবসু খুদক্তা মদুগা মরী লৈনরমই। হান্নগুম ওইহনবা গুম্বা শক্তি মশাগী লৈজরবসু ভারতপু তত্তনা হান্না ঙাকশেলবা ব্রাখলগী হন্থবা হেনগৎপা হায়বা ইপোম্না হৌজিক ভারতপু থাদোক্লম্মে। ভারতকী অরেপ্পা থাজবনা অমদি সমাজগী অরেপ্পা ফীবম্না ভারতকী লৈজবা ব্রাখলবু চেৎশনহল্লি। পুন্সিগী চাওখৎপনা লৈত্রবদা ব্রাখলগী চাওখৎপসু লৈহন্দে। থবক তৌবদা লেংদবা অমদি ব্রাখলগী ইথৌনা চাং হেনগৎলকপা অনিনা অঙ্কপা ফংনা পুন্না খুৎশম্নবা চৎমীন্নৈ ভারতবর্ষদা। হৌগ্রবগী মরী তৎনরবসু চথরিবা মশাগী লম্বীদা হোংদনা চখরবসু ব্রাখলনা থবক্তা চান্নরক্তবদি মশানা তাবনি। 'Mais si leure yeux suivainet les mots enciens, leur intellignce y voyait des idecs mouvelles. L'Inde s'est hensformée a son insu.' তৌইগুম্বসুং ব্রাখলগী শাৎকায়রকপা অমদি শেমগৎশাগৎপা শরুক শক্তি মাংত্রবদা ব্রাখলনা তেথরকই অর্থ লৈত্রবা থবক্কী তুংইল্লকই, হৌগ্রবা বাহে ব্রাতাবু অমুক হন্না হায়দোক্লকপদা ময়েক শেংলক্তে অনৌবা থবক পায়খৎপদা অকীবা পোক্লকই; অসুম্না মমৈদা পুন্সি অসি মমিশাল্লকই; মশাগী ওইবা জেলখানাদা পুনশিন্দুনা থম্বগুম লৈ।

চাওখৎলম্না সভ্যতানা কায়খিবগী খুদম কয়া ঐখোযনা থেংনৈ; মসিগী মবমদা খ্বাইদগী হেন্না মমিংচৎনা শীংথানবা যাবদি, বোমনা মরাইচায়থত্রবদা ইউবোপকী অরিবা সভ্যতা মুৎখিবনা খুদমনি। অব্রাং লমদগী লাকপা লান্দাবশিংগী মখুত্তা বোম্না তাখিদ্রিঙৈ মমাং য়াম্না মাংজৌননা রোম মশামক্কী মনুংদা মতোম্তা শোম্বকপনা কায়নিং কায়নিং তৌনা নিংখায়গদৌরবনি। মতম 'মদা পাক্লা শন্না লৈরম্বা অর্থিক অবস্থা খজিক খজিক ময়েং তাবমই; তাথবকপগী খোংচত্তা থেংনবা য়াবা অব্রাবা মখৈ মাযোক য়ারমই। সহবদা লৈবা খুৎশা হৈবা থবক পুম্বদা মুৎথখি, চাওখৎলমলবা চাওববা সহব কয়া পীকথবকলে খংনা মিংনা উনা পীকথরক্তুনা লাইববা সহব ঙাক ওইখি, লৈপাক লৈহাও চেনবা লমপুম্বা লৈহাও মাংখি। লেপ্পা লৈতনা হেনগৎলকইবা খুদোংথীবশিং লাকশিন্নবা নিংথৌবেনশিংনা হোৎনবা য়াবা মখৈ কন্না হোৎনবমই। লল্লোনবশিং, খুৎশাহৈবশিং, শিপ্পীশিং, থবকগুবশিংগী তৌবা য়াদবা নিয়ম কয়া শেমলমই, মখোয়বু নমদুনা থবক শিজিন্নরমই। থবক শুবা কাংবু খব নত্তনা অতৈ মখলগী থবকশুবা থবকপীবা থিংজিল্লমই। অসুম্না মানা মানা তৌবা থবক অদুগী মতুংইন্না জাত্তি খাযবমই। লৌমীশিংবু মীনায় ওইহনখি। তৌইগুম্বসুং শিথবকপা থিংনবা কা-হেন্না হোৎনকবদু অবেম্না তাখি; ফীবম্না অসুম ফত্তবা হেঞ্জিল্লকখি; অসুম্না রোম সম্রাজ নিংখায়খি।

ভারতকী সভ্যতানা অসুম্না কুম্মৈগুম নিংখায়খিবা লৈতে নিংখায়রক্কদবসু লৈতে, মতম-মতুংইন্না থোকপা য়াবা থৌদোক কয়া থোকত্রবসু মহাক্কী শক্তিদি অঙ্কপা মওংদা লেংদনা লৈ; অদুম্নদি ওইরবা খজিক খজিক ময়েং তাথরকপদি উদবা নত্তে। খৃষ্টনা পোকপা মতুং চহি লিশিং অমগী মতুংদা ভারত্তা লৈরম্না সমাজগী ফীবম করম তৌরম্বগে হায়বা মচা খায়না তাকপা লুনা থোকই; অদুম্নদি ওইরগা পাক্লা শন্না লৈবম্বা ভারতকী অর্থনিতিনা অরোয়বা তাংকক য়ৌরবদা ময়াং কংথরকপা য়াবা কল্লবা ঈহৌ অমা লৈরমই হায়বসিদি শোয়দ্রে খংনা হায়বা য়াই। ভারত্তা লৈরম্না সমাজনা অমগা অমগা তিন্নদবমখৈ হকচিন্না কনশিনবনা গদ মমৈদা কাংলুপ খায়দোকখিবনা লেংবা য়াদ্রবা ফলনি। খা-নোংপোক এশিয়াদা তৌবগুম ভারত বাসিশিংনা মপান লমদা চৎলুবা খুদিংদা মখোয়গী ব্রাখলদা, চৎনবীদা নত্রগা অথিয়ক অবস্থাদা হাক্লা কনশিল্লমদে; শন্দোক্লবা, চাওখৎনবা, খুদোংচাবা পুম্বা মখোয়গী লৈবমই। অতোপ্পা চহি চামরি চামঙারোমদি মখোয়গী লোয়লমদা মপানফনা চাওখৎলমই, মপাঙ্গল মথৌনা উৎলমই, শেমগৎ শাগৎপগী শক্তি উৎলমই; তৌইগুম্বসুং ভারত্তদি মশাবু তোঙান তোঙান তাহন্নিংবগী ব্রাখলনা শেমগৎ-শাগৎপগী শক্তি মাংহনখি, পুকচেন পীকপা, কাংলুপ মচা লিংনিংবা অমদি শিথরকপা শক্তম্না থোয়না হেনগৎলকখি। পুন্সিবু মচেৎ তানা ককথত্তুনা লেংবা য়াদ্রবা উচনলক্তা লমশিনবগুমলমই, মী খুদিংগী মথৌ অরেপ্পা অককনবা ওইহল্লমই কাংলুপ অমগা অতোপ্পা কাংলুপ অমগা মরী লৈনহল্লমদে। লৈবাক ঙাকশেন্নবা লান শোক্লবনা ক্ষেত্রিশিংগী মথৌ ওইরমই, থবক অসিদা অতৈ অমনা পামশিল্লুবা য়াদে নত্রগা থবক অসিমক অতোপ্পা কাংলুপ্পু তৌহনদে। ব্রাহ্মণ অমদি ক্ষেত্রিনা লল্লোন-ইতিক্কী থবকপু হম্বুনা য়েংলমই। তোম্ববা কাংলুপ্পু লাইরিক তম্বনচিংবা চাওখৎনবা খুদোংচাবা

কয়া তৌবা য়াদে হায়না থিংলমই; মখোয়দগী হেনগৎপা কাংলুপকী মীনায় ওইদুনা হায়বা ইন্নবা (অতোনবা কাংলুপ্পু) তম্বীরমই। সহরগী অর্থিক অবস্থা অমদি খুৎশা হৈবা থবক্লা য়াম্না নিংথিনা চাওখৎলবসু লৈবাক ভাকপগী থবক্তি অকনবা কুশি তৌবা মীগী মখুত্তা লৈবমই। লানশোক্লবগী হৈ-শিংবগী লমদা ভারস্তি হুহুনা লৈরমই। লৈবিবা ফীবম হোংদোক্লনা, জ্ঞান অমদি হৈ-শিংববু নৌহৌহন্নবা মক খংদনা, লৈবিবা ফীবমদা অদুম লৈববদি মতাং খংনা চাওখৎলকপা ওইথোক্তবনি। অসুম্না অহোংবা পুরকপদা কাংলুপ খায়নবা অচৌবা পঞ্জাওনি। কাংলুপ খায়বগী লেংদবা অমদি অফবা গুণ কয়া'মা ভারতকী সমাজদা পীরবসু মদুনা মাং-তাকহন্নবগী মরম্ন হুনবা নত্তনা করিসু ওইদে।

ভারতকী সমাজ ফীবম্না (মসিগী মরমদা তুংদা ঐহাক্না মপুং মঁরে ফানা নৈনগনি) ভাবতকী সভ্যতাগী অঙ্কপা লেংদবা ফীবম পুরকই। মসিনা পাঙ্গল হাপ্পী, অমতা ওইনা পুনশিলহল্লি, পাক্লা শন্দোক্লবা অমদি ময়াম্মক অমতা ওইনা তাশিন্না পুনশিনহন্নবা লম্বী ফাংলি। শিল্পম, হৈ-শিংবা, লল্লোন-ইতিকপু মসিনা চাওখৎহল্লি; তৌইগুম্বসুং তোঙান তোঙানবা কাংলুপ্তা মতম পুম্বদা তোঙান্না থোকহল্লি। অসুম্না হৈ-শিংবগী তোপ-তোপ্পা অথুপ্পা শরুক অদু মীবোন য়ৈনা চথবকই, মসিনা থবক্কী অনৌবা মথল পায়খৎহন্দনবা ব্রাখল পোকহল্লি, অবিবা হায়গী ওইবা থবক্তা শুংজিন্দুনা লৈর্হল্লি, অনৌবা পুথোকপা অনৌবা হৌদোকপা থিংজিন্দুনা থমই। মশাগী লৈজবা ভমখৈ মনুংদা মশাগী নিংতম্ববুদি পী; অদুবু হেয়া নিংতম্না চাওখৎলকপগা লোয়ননা খবচ চাওশিল্লকপনা, সমাজগী চৎনবীগী মখাদা মীশিং য়ামশিল্লকপনা, য়ামশিল্লকইবদুগী মতুংইয়া মমলসু য়ামশিল্লকপা তাবনা চাওখৎ খোংথাং য়াংশিন্নবগী খুদোংচাববু ফংগনদে। চাওখৎপা, শন্দোকপগী লম্না অককনবা লৈবক্লবদা, লেপ্পা, চাওখৎ-খোংথাং লেপ্পা, মমৈদা চাওথবকপদি মশানা তাবনি।

মসিনা মবম ওইদুনা জ্ঞান, ফিলোসোফি, বাজনিতিগী লমদা, লানশোক্লবগী নিয়ম অর্মাদি হৈ-শিংবা বিদ্যাদা, মপান্দা লৈবা লৈবাকশিংগা মবী লৈনবদা, ময়েং তাথবকই, মী খবতগী ওইনা মকোক থোংনিংবা মশা মতোমতনা চাওজনিংবা অকনবা শক্তি উৎনিংবা, ভাবত অপুম্ববু মখোয় খবতগী ওইনা উৎনিংবা পোক্লকপগা লোয়ননা অর্থনিতিদা শোম্ববকই। অদুবু মতুং চহি কয়াদা উৎলকই মদুদি মমাংঙৈগী ওইনা লৈবম্না শেমগৎ-শাগৎপদা লৈবম্না মকওইবা মচি অদু হৌজিকসু অদুম মঁবৈবি, মসিগা অমতা ওইনা নপশিন্নবা যাবা মশাগী অঙ্কপা শক্তি লৈজবি, মসি ওইহন্নিংবা মওংদা শেমদোক শেমজিন্দুনা অমত্তা ওইহনবগা লোয়ননা, অমতা ওইনা পুনশিনবা যাবা শককসু য়াওবি। মসিনা মবম ওইদুনা হিংদুনা লৈনবা শিনজিনবা য়াবমই, নৌনা তিন্নবনা কানবা অতোংবা ফংলমই, মওং অমদা ব্রাখল জ্ঞানগী অনৌবা ঈহৌ লাকলমই লোয়ননা চাওখৎলমদা চংশিল্লমই। অদুবু মমাংঙৈদগী হৌনা লৈবম্না অতেক-অকায় কয়ানা চাওখৎকদবা শককপু ফাজিন্দুনা থনমই অমদি চাওখৎ লম্বীদা অথিংবা পীবমই।

# তরুকশুবা পন্দুপ

# অনৌবা থৌদোকশিং

## অহানবা তাংকক

## আরব অমদি মোগল

অৱাং ভাবত্তা খুৎকন পাঙ্গলবা লৈবাক অমগী নিংথৌ ওইনা হর্ষনা পানবা মতমদা অমদি চীনাগী লমকোয়বা-পণ্ডিত, হিউমেন সাংনা নলন্দ বিশ্ববিদ্যালয়দা লাইবিক তমলিঙৈ মতমদা আববতা ইসলাম ধর্ম্মগী মওং অমা তাখিবমই। ধর্ম্ম অমদি রাজনিতিগী খুৎলিংবা ওইনা অনৌবা খুদোংথীবা থোকহনগদবগী ইসলাম্না ভাবত্তা লাকপা তাখি। অদুগা মসিমসু নিংশিংবা যাই মদুদি ভাবতকী ইবাংগা থীনা খেৎনহন্দ্রিঙৈ মমাংদা মতম শাংনা চংলমই। ভরতকী মনুং য়ৌশিল্লকপদা চাওবাক্লা চহি ৬০০ লোম চংলমই, রাজনিতিগী মওংদা লৈবাক খুদুম চনবা ওইনা মসিনা চংশিল্লকপা মতমদা মসি হোংবা য়াবা শকক অয়াম্বা হোংদোকখ্রবনি অদুবু মসিগী ওইনা লৈবা মওং অদুদি অদুম খেৎননা লৈবমই। মাইপাকপগী অঙাওবা মযাইদা তাওদুনা, খুৎকন পাঙ্গলনা স্পেন্দগী মোঙ্গোলিয়াগী সিমানা ফাওবা জয় তৌদুনা আববনা লম শন্দোবকপা মতমদা মখোয়না ভাবতর্মাক্ত য়ৌবকখিদে। অৱাং-নোংচুপ ওমখৈদা মখোয়না লেপখি অমদি মফমদুদদা লৈপি। আবব্র সভ্যতানা খব খব ওইনা চাং তাথবকখি টর্কীগী তোঙান তোঙানবা কাংবুশিংনা নোংচুপ অমদি ময়াই এশিয়াদা মকোক থোংনা কনখৎলকলমই। ভবত্তা রাজনিতিগী খুৎলাই ওইনা ইসলাম পুশিল্লকইবসি ভাবতকী ওমখৈলমদা লৈবা টর্কী অমদি আফগানশিংনি।

মসিগী অচুম্বা ঐখোয়না খংগে হাযববদি শোক-তারিকনা মতেং ওইগনি। হিজবাট হায়বদি প্রোফেৎ মহাদাদনা মক্কদগী মদিনাতায়া চেনখিবা অদুদগী ইসলাম ধর্ম্ম হৌখি হায়বা য়াই, খৃষ্টাব্দ ৬২২ চহি ভবাগী মতুংদা মহম্মদ শিখিবমই। আববকী ফীবম কনখৎহনবদা চহি মতম খবা চংখি, মতুংদা ওকপনা হায়ফম খংদবা থৌদোক মথং মথং থোককখি, ইসলামগী ফীবান মখাদা আববশিংনা নোংপোক্তা মধ্য এশিয়া ফাওনা চংখি, নোংচুপ্তা আফ্রিকা মহাদেশকী অৱাং থংবা শকক ফাওনা স্পেন, ফ্রান্স তান্নখি। খৃঃ চা-তবেৎকা অর্মদি চা নিপান হৌগৎলকপদা মখোয়না ইবাগ, ইবান, মধ্য এশিয়া য়ৌখি। খৃষ্টাব্দ ৭১২ দা ভবতকী অৱাং নোংচুপ্তা সিন্ধু য়ৌখি অমসুং লৌশিনখি অদুগা মফমদুদা লেপখি। চাওববা লৈকংলানা মফম অসিবু হেন্না লৈহাও চেল্লবা ভাবতকী শকক্তগী তোখায় তার্হল্লি। নোংচুপ্তা আফ্রিকা অমসুং ইউবোপকী মবক্তা লৈবা মবাক চপ্পা ঈশিং শকক (মতমদুগী তৌবকপা হৌজিক্কী স্ট্রেট ওফ জিব্রাল্টাব) লাম্ভোক্লুনা খৃষ্টাব্দ ৭১১ দা স্পেন্দ তম্না চংখি। মখোযনা স্পেন অপুম্বা লৌশিন্দুনা পেবেনীজ লাম্ভোক্লগা ফ্রেন্সতা চংখি। খৃঃ ৭৩২ দা ফ্রেন্সকী মনুং চনবা টোর্সতা চার্লস মার্টেলনা মখোযবু থিংদুনা মাইথিবা পীখ।

আববিয়াগী লৈকংলানা পোক্লফম লমদম ওইবা, ইতিহাসতা শিংথানবা য়াবা মথৌদাং অমতা পাংথোকখিদ্রিবা মী কাংবু অমনা মমাইপাক্লা চথুবকইবা পুন্সিগী থৌদাং অসি, খ্বাইদগী হেন্না শিংথানিংঙাইনি। প্রোফিটকী শক্তি লৈবা লালহৌবগী লমচৎ-শাজৎ অমদি মীওইবা পুম্বা মচিন মনাও ভক্তি হায়বা মহাক্কী পাওতাক্তগী মখোয়গী শন্না লৈবা মপাঙ্গল মথৌনা হৌবকখি। অদুবু কাওকবগী খংহৌদনা আবব সভ্যতা থোবকই অমদি ইসলাম ধর্ম্ম থোবকলবা মতুংদা আবব সভ্যতা ওইবমই হায়না খনবদি লাল্লি। ইসলামগী মমাংদা লৈবর্ম্মী আববতা কান্নদবনি হায়না ইসলাম পণ্ডিতশিংনা মখোয়গী মত

ফোংদোকই, মতমদু জহীলিয়াট্ হায়বদি য়াম্না পংনা অমদি অন্ধবিশ্বাস ওইনা লৈবা মতমনি হায়বশ্মী মখোয়না। আবব-সভ্যতাদি অতৈদগীগুম্না হৌখিবা কুইববনি, সেমিটিক জাত্তি, ফোনিসিয়ান, ক্রেটান, চালডিয়ান, হিব্রুগী চাওখৎ খোংচৎকা মরী লৈনৈ। কেথোলিক চৎপা চেংডিয়ানশিং অমদি অতৈদগী ইজবেলশিংনা তোপ তোপ্পা তাই। মখোয়গী মবক্তা অমদি মখোয়না সেমিটিক কাংবুগা অনিগী মরক্তা তত্তনা খুৎ থোক্লবমই। ফনা হায়বশাবনি সেমিটিক্কী লমদা লৈবা 'পুম্বা অমতনি অমগা অমগা মরী ওম্না লৈনৈ, অমতা ওইবা হৌববকফম পাক শন্না লৈ। ইসলাম-মমাংগী আরব সভ্যতাদি য়ামেন্দা মকওইনা থোকখি। আববিক লোম্না মতম'মা ফনা চাওখৎখিবসি প্রোফেটকী মতমদনি মদুসু পার্শিয়াগী লোন অমদি ভাবতকী লোন খবগা য়ানশিন্নবনি। ফোনিসিয়ানশিংনা তৌবগুম্না আববশিংনা সমুদ্র লান্না থাপ্পা লল্লোনপোৎ থীবা চৎলমই। ইসলাম-মমাংদা ফেন্টনা মনাক্তা, খা চীনাদা, আববকী লোয়লম লৈবমই।

অদুম ওইনমক ইসলামগী প্রেফেৎনা মহাক্কী মীশিংবু মথৌনা হাপলম্মী, থাজবা পোকহল্লমই লোয়ননা মমল য়াম্না মী ওইহল্লমই হায়বসি অচুম্বনি। অনৌবা মওংগী নিয়ম নায়না চৎপা মীনি হায়না মখোয় মতোম্তা খঞ্জদুনা, মীপুম্নগী বাখল হোংহন্দুনা অনৌবা ইতিহাস অমা থোক্লবা মশাবু মশানা থাজনা খঞ্জবা আশা-অনিংববু পাংথোক্লমই। নোংচুপ এশিয়া মধ্য এশিয়া, অমসুং অৱাং আফ্রিকাদা লৈবা ষ্টেটশিংনা শোম্বকপনা, চিংনবা লৈতনা মখোয়না মাইপাকখিবনি। মত মান্নদবা য়েংথিনবা খৃষ্টান কাংবু মবক্তা খৎনদুনা মহৈ মহৈ হাৎনশুনবনা, অমদি মকোক থোংবা তান্নবগীদমক ই নাই তানা লান শোক্লবনা, অৱাং আফ্রিকা মচেৎ কয়া থোক্লা কাযবমই। মতমদুদা মফমদুদা চৎলম্না খৃষ্টান ধর্ম্মদি য়াম্না শোল্লমই, পাম্নবমদে; ধর্ম্ম অসিগা, মীওইনা পুম্না মচিন মনাও ভাক্তি হাযবা পাওখক্লা লোয়ননা আবব-মুসলমানশিংনা অমতা ওইনা পাম্না লৌনববা ইসলাম ধর্ম্মগা, অনি অসিগী পেৎনর্বদি ঈাও চাওনা লায়না উবা ফংই। খৃষ্টানশিংগী খেৎনর্বাস পামলক্তদুনা, খেৎনব'সিমক্লা মীপুম্নমক ইসলাম ধর্ম্মগী মাইকৈদা মাইওনশিন্নখি।

অবাপ্পা লৈবাক্তা মখোয়গা লোযননা আববশিংনা পৃথিবা কলচব, খজিক খজিক হোংদোকখিদুনা চাওখৎপগী থাক যৌখ। চাওখৎ খোংথাংদুদা ইসলামগী অনৌবা বাখলগী মমি ময়েক লানা তাবমই; অদুবু, মদুমক ইসলাম সভ্যতানি হায়বদি চিংনিংঙাইনি, অমসুং অবানবা ওইগনি। ডামস্কামানা মখোয়গী কোনুং ওইববদা চল্লা লৈবম্না মখোয়গী থুম্বান্দু থাদোক্তুনা পুম্নমক খংবা শাবা কলচববু মখোযনা মখোং শোমখি। মতম'দু আবব -সাইবিয়ান সভ্যতাগী মতমনি হায়না হায়নৈ। বিজেন্টীগী চৎনবীনা মখোযবু অমুক চিংশিল্লমই, অদুবু মখোযনা বাদ্যাত্তা য়ৌববদা লিববা ইবানগী চৎনলোম্না মখোয়গা মপুক্তিং মথুম্মবাং হৌহনখি, মখোয় অযাম্বনা আবব পার্শিয়ান সভ্যতাবু শৌগৎখি, মখোয়না খুৎ চল্লুবা পাকচাওববা লম অযাম্বদা সভ্যতা অসিনা অথোযবা ওইখি।

পাক শন্না অমদি লাইবপনা আবব দ্বিগ্বিজয় শন্দোকখি; ভাবত্তদি মখোয়না সিন্ধদগী হেজ্জিনখিদে, মদুসু কাযনথংদনি। লান্দাবকপশিংবু মাই পাক্লা খিংবা ঙম্না, ভাবতনা খুৎখন পাঙ্গল্লম্বনা, মদুগী অচুম্বা মবম ওইবম্বা ? মদুমক ওইবম্বা যাই, মবমদি মসি নত্তবা মবম অমা শন্দোক্লা হায়বদা লৃনা পোকই, তশেংনা লান্দাবক্লিঙৈ মমাংদা চহি চা কয়া'মা হৌব্রবনি। মদু আববশিংগী মবক্তা খৎন-চৈনবা থোকখিবা বজিক ওইবম্বসু য়াই। বাদ্যাকী সাশন খুর্জ্জিদগী লান্থো ফুনা সিন্ধ মনিংতম্বা অগীকপা মুশলিম ষ্টেট অমা ওইখ। তৌইগুম্বসু লান্দাবকপা লৈত্রবসু ভাবতকা আবব সম্রাজ্যগা লৌনবা মবী হেনগৎলকখি, লমকোয়বশিংনা চখোক চৎশন তৌনখি, বাজদুৎ থানখি, মেথমেটিক্স অমসুং এষ্ট্রোনোমিদা ইবা লাইবক্লা মপুং ওইনা ভাবতকী লাইবিক কয়া বাগ্যাদতা পুখি, আববিক লোন্দা হন্দোকখি। ভাবতকী মাইবা কয়া বাগদাত্তা চৎখি। অসুম্না মবী লৈনবা লল্লোন ইতিক তৌবা অমদি কলচব অৱাং ভাবত্তা লৈশিন্দুনা লৈবা নত্তে। মসিনা, খা ভাবত্তা লৈবা ষ্টেটসু শকক য়াবমই, মকওইবা ভাবতকী নোংচুপ সমুদ্রমপান্দা তাবা বাষ্ট্রাকুটশিংগা লল্লোন-ইতিক তৌবদা মবী লৈনবমই।

অসুম্না তত্তনা মবী লৈনবকপনা অনৌবা ধর্ম্ম, ইসলাম, ভাবত্তা লৈবা মীশিংনা নমদুনা খংলকখি। অনৌবা ধর্ম্ম অসি শন্দোকপা, ধর্ম্ম-শন্দোকপা কাংবুনা চাযখোবক্লমই, মখোয়বু তবাম্না ওক্লমই। মশজ্জিদ্ কয়া শাগৎখি সবকাবনসু

প্রজাশিংনসু য়ানিংদবা উৎখিদে; অতোপ্পা ধর্ম্মগা য়েংখিনবা মৈখায়নবা লৈখিদে। ধর্ম্ম পুম্নমকপু অমদি অর্চ্চপূজাগী মওং পুমববু য়ানিংদবা উত্তনা খাংবদি, ভারতকী থায়নদগী চৎনরকপনি। রাজনিতিগী লমদা চংশিল্লক্ত্রিঙৈ চহি চা-কয়াগী মমাংদা ভারত্তা ইসলাম, ধর্ম্ম অমা ওইনা (চৎনখি) লৌনখি।

ওমিয়া খালিফাস (ওমিয়াডে কালিফস) কী মতমদা শেমগৎলকপা অনৌবা আরব সম্রাজগী কোনুং ডাম্মকসতা ইরমই; মফমদুদা পুক্লিং হুনা ফজরবা সহর অমা শেমগৎখি। অদুবু য়াম্না থুনা খৃঃ ৭৫০ দা আরবসিয়া (আব্বাসাইড) ফালিফাজনা বাগ্যাত্তা কোনুং হোংখি। মতুংদা খৎনচৈনবা হৌরকখি; সম্রাজ অসিদগী স্পেন নাহ্লোকখি; মতম কুইনা মনিংতম্বা, আরব ষ্টেট অমা ওইনা লৈখি। মথং মথং ওইনা বাগ্দদি সম্রাজ শোম্থরকখি ষ্টেট কয়া অমা নিংতম্না চোংথোকখি; মধ্য এশিয়াদগী সেলজুক টর্কশিংনা ফুজিল্লকখি, মপাঙ্গল লৈনা বাগদাত্তা সাসনগী খুর্জ্জি পায়খি। মখোয়গী য়াকা য়েংনা খালিফানা লৈবাক ঙাকপগী থবক তৌখি। গজনিগী সুলতান মহম্মুদ কৌবা টর্ক অমা আফগানিস্থান্দা অচৌবা লাম্নী, মমিংচৎপা কেপ্তেন ওইনা ফাওগৎলক্লমই; খালিফপু মহাক্লা থৌওইরমদে, নোকফেক-হায়ক্রেম্নরমই। তৌইগুল্বসুং অদুফাওবদা বাগদাদ ইসলাম লৈবাকপুম্বগী কলচরগী হৌফম ময়াই থোকপা লম ওইরম্মী, লাপ্পা লৈশ্রবা স্পেন ফাওবনা মাদুবু থরাই য়াওনা থৌগৎলমই। লাইরিক লাইশুদা, বিজ্ঞান্দা, কলাদা অমদি হিংদুনা লৈবগী নুংঙাইফম ওইবা শরুক্তা, ইউরোপ খজিক (চাওথরমই) চাং হুম্বরমই। আরব-স্টোন্তনা মরুওইনা কোর্ডোবা বিশ্ববিদ্যালয়দা ইউরোপকী অমমম্বা চহি মতাংদা মঁহৈগী অমদি জ্ঞানগী থাওমৈবু অঙ্কপা ফংনা ঙান্না থানগৎলমই; মঙান অদুনা ইউরোপকী অমমম্বা শরুক ফাওনা চিংশিনখি।

ক্রুসেডনা (টর্কী মখুত্তগী লাইগী লমবু মুন্নবা হৌবা খৃষ্টানশিংগী লানজং) খৃঃ ১০৯৫ দা হৌখি, চহি চা অমা মসি পাংনখি। ধর্ম্ম অনি হায়বদি ক্রোস (খৃষ্টান অমসুং ক্রিমেন্ট (পানখৎলকপা থানা সিম্বোল ওইবা) অনিগী য়েংথিনম্না শোক্লবা লানগা ক্রুসেডকা মবী লৈনরমদে। ফাওরবা ইতিহাস ইবা প্রোফেসার জিঃ এমঃ ত্রিবেলিয়ান্না হায়, ক্রসেডস হায়বসি ইউবোপক্লা খজিক কনখৎলকপদা নোংপোক মাইকৈ তম্না মীয়াম্না পাম্নবা মতুং ইন্না ধর্ম্ম অমসুং লাম্নীগী ওইনা চংশিল্লকপা লাঞ্জংনি। ক্রুসেডতগী ইউরোপ্পা ফংহৌবা মনাদি, খৃষ্টান চৎপা মীশিংগী মোংফম, য়েক্লবগী মখুত্তগী মপুংফানা লৌববুসু নত্তে নত্রগা খৃষ্টান চৎপা মীশিংনা লৈরিবা ;লমবু অমতা ওইনা পুনশিলহনবা য়াবা মওংসু নত্তে; ক্রুসেডকী ইতিহাসতি মতম শাংনা য়ানিংবা উৎপনি। মসিনা তান্নরিবদি অমসুং পুবকইবদি অমরোমদা কলা, খুৎ-শা হৈবা, কে-মৌবা, বিজ্ঞান অমদি জ্ঞানগী অঙ্কপা শরুক্লি শম্না হায়রবদা পিটর ডি হার্মিৎনা খ্বাইদগী তুক্কচ্চরবা পোৎশিং অদুবুনি।

ক্রুসেডসকী ইরোই লোয়বা লাম্নীনা মাইথিনা চোকথর্ত্রিঙৈ মমাংদা মধ্য এশিয়াগী মনুংদা মখল অমগী কল্লবা নোংনুংশিৎ শিংলকখি; অকীবা ফংনা ঈশিং চাওদুনা অৱাবা শক্তম অমা পুরকখি। চেঙ্গীজ (জেঙ্গীজ) খান্না নোংচুপ মাইকৈ পাংনা হায়দৎ হায়দত্তুনা অমাং-অতা কয়া থোকহন্দুনা চৎপা হৌখি। খৃঃ ১১৫৫ দা মোঙ্গেলিয়াদা মহাক পোকখি; মহাকনা লান্দাবা হৌরকপদা খৃঃ ১২১৯ দা মধ্য এশিয়াসি মৈখুনা থল্লবা মাংতাকপগী মঁপেতনা পীক থলহনখি। মহাক মশা খিংবা নহা পাখংমক্তি ওইবমদে মতমদুদা। সহর খুদিংদা মী কোটিদগী তাদনা লৈবা বোখাড়া, সমরকাণ্ড, হেরাৎ অমসুং বালখগী সহব পুম্নমক উৎ ওইহনখি। চেঙ্গীজনা রসিয়াদা লৈবা কিয়েবা তান্না চৎখি অদুগা হল্লক্লমই; মহাকনা চৎপা লম্বেল থোক্তবনা বাগ্দাদতি নাহ্লোকহৌই। মশাগী চহি কুননিথোই শুরকপদা খৃঃ ১২২৭ তা মহাক শিখি। মহাক্কী মচুৎশিনবনা ইউরোপ তান্না লান্দারমই; খৃঃ ১২৫৮ দা হুলাগুনা বাগদাদ লৌশিল্লমই; কলা অমসুং মঁহৈগী মমিংচৎলবা ময়াই থোক্লবা লম, চহি ৫০০ বোম হেল্লা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তগী পুশিল্লক্তুনা লছুম পৈশিন্দুনা থল্লবা লম, মহাক্লা লোয়শিনখি। মোগোলনা পানবা মতমদা খবর্মখৈ শেমগৎলবসু এশিয়াগী মনুংদা মশক নায়রবা আরব-পার্শিয়াগী সভ্যাতা অৱাবা ফীজংনা কুপখি। অৱাং আফ্রিকাগী লম অয়াম্বা মরুওইনা স্পেন য়ৌখি। পণ্ডিত কাংবুশিংনা লাইরিক নম্বো য়োমদুনা বাগ্দাদতগী কাইরো, স্পেন তান্না চেনখি; মফমদুদা মঁহৈ অমসুং মলাগী যুগ অমা ইনৌ নৌনা হৌখি। আরবকী মখুত্তগী স্পেন নাহ্লোকখি; খৃঃ ১২৩০ দা কোর্ডোবা বিশ্ববিদ্যালয় মুৎখি। গ্রানাতা লৈবাক্লা চহি চনি য়াঙ্খে রোম, আরব কলচরগী ময়াই থোকপা লম ওইখি। খৃঃ ১৪৯২ দা

গ্রানাজাসু ফার্ডিনেন্ট অমসুং ইজাবেল্লগী মখুত্তা তাখি। স্পেন্দা লৈবা আবব লৈবাক লোয়শিনখি। মসিগী মতুংদা কাইবোনা টর্ককী শাসন মখাদা লৈববসু আববকী মকোক থোংবা মফম ওইখি। খৃঃ ১৪৫৩ দা ওট্টোমেন টর্কনা কোন্সটান টিনোপল লৌশিনখি; মদুনা ইউবোপ্তা অনৌবা যুগ অমা হৌবদা মতেং ওইবম্মী।

এশিয়াদা অমসুং তৌবকপা মোগোল দিগবিজয়না লানগী হৈ-শিংবা কলাবু নৌনা উৎখি। লিডেল হার্টনা হায়, "মীশিং য়াম্বদা, মগুণদা, অঙ্কপা অমদি চৎপা কলবদা, লাম্বোং শিনবদা, নাকোয়দা লান্দাবা লানচংবা হৈ-শিংবদা মখোয়গী (মোগলগী) তেঙ্গোলনা ঈতিহাসতা পূন্নমক্তগী পুমহেন হেল্লি।" পৃথিবীগী পোকখিবা লাম্মী লুচিংবশিংগী মনুংদা চেঙ্গিল খান খ্বাইদগী চাওবমক নত্রবসু খ্বাইদগী চাওর্বাশংগী মবক্তা অমনি হায়বদা চিংননিংঙাই ওইদে। এশিয়া অমসুং ইউবোপকী শগোলতোংবা লাম্মীশিংদি মাগী অমদি ফা ওববা মাগী মথং খনবশিংগী মমাংদা মৈখেৎশানবা উ গুম কবিশু লৈবমদে; মহাক্কী দিগবিজয়দগী মধ্য ইউবোপ অমসুং নোংচুপ ইউবোপ্পা নাম্বোকহৌবদি তশেংবা তাঞ্জা চাবননি। মোগলশিং অসিদগী ইউবোপ্পা লানগী হৈ-শিংবা অমসুং লাম্বোং শিনবগী অনৌবা মহৈ তমজৌই। নোংমৈহিদাক শীজিন্নবসু চীনাদগী মখোযনা পুবক্কুনা ইউবোপ্তা খংনখিবনি।

মোগলশিংনা ভাবত্তা লাক্লমদে। মখোযনা শিষ্টু তুবেন মপান্দা লেপথোক্লগা অতৈ মফমশিংদা দিগবিজয় তৌবমই। মখোয়গী পাকচাওববা সম্রাজনা মুথবক্লবদা এশিয়াদা অপীকপা ষ্টেট কযামকম চোংথোবক্লমই; মতুংদা খৃঃ ১৩৬৯ দা মহাক্কী মমা মবীদা চেঙ্গীজ খানগী উত্তবাধিকাবীনি হায়না তিমুব কৌনা উর্ক অমা থোবকখি; চেঙ্গীজনা তৌবম্বা দিগবিজয অদু মহাক্লা মখা তানা অমুক চত্থবমই। মতম খবদা লৈবল্লবসু সমকান্দদা কোনুং ওইদুনা অনৌবা সম্রাজ অমা মহাক্লা শেমগৎলমই। টিমুবনা শিববদা মহাক্কী মস্তুৎশিনবশিংনা ইংনা পুন্সি লেপ্পা পাল্লমই; লানগী থবক চত্থবগী মহুত্তা কলাবিদ্যাবোমদা ইল্লমই। টিমুবগী অনৌবা যুগ অসি মধ্য এশিয়াদনি, মফম-তাঞ্জা অসিদা মহাক্কী উত্তবাধিকাবি ওইনা বাবব পোকখি অমসুং শাবেপ ফানা চাওবকই। বাববনা ভাবত্তা মোগল শাগৈ শেমগৎখি। মোগলগী মনুংদা (ভাবত্তা তাবা মোগলগী) মনুংদা মহাক্লা ইহান হানর্বান। খৃঃ ১৫২৬ তা মহাক্লা দিল্লি লৌশিনখি।

চেঙ্গীজ খানগী মমিংনা ইসলামগা মবী লৈনবগা মী খবনা নিংনবগুম মহাক পাঙন নত্তে। মহাক শামান ধর্ম্ম, অকাশকী ধর্ম্ম চৎলি হায়না হায়নৈ (অবাং নোংপোক এশিয়াদা লৈবা সাইভেবিয়াগী তুবান জাতিগী ধর্ম্ম মেজিক অমসুং সোর্সাবনা মপুং ওইবা ধর্ম্ম)। মসি কবন্না ধর্ম্মনো ঐহাক খংদে অদুবু ব্রাহৈ অসিনা আববতা চৎপা বৌদ্ধ ধর্ম্মবু ওইবমগদ্রা হায়না ব্রাহৈ'সি হেক তাবদা খলহল্লি—সমাননি ব্রাহৈ অসিমক সংস্কৃতকী ব্রাহৈ শ্রাবনাদগী থোকপনি। এশিয়াগী মফম অযাম্বদা অমদি মোঙ্গোলিয়াদা হম্বুবা মওংগী বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলমই, মসিগী মখাদা চেঙ্গীজ চাওখিবম্বা যাই। ইতিহাসতা য়াওবিবা খ্বাইদগী চাওবা লাম্মী অসি কবিগুম্বা মখলগী বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলমগনি হায়বসি খনবদা মাবং মবাংনা থোকই। *

ঙাসিফাওবদা মধ্য ভাবত্তা অচৌবা দিগবিজয় তৌবা নিপা মবিগী ব্রাবী খ্বাইনা নিংশিংনবি—সিকেণ্ডব (আলেকজণ্ডব), সুলতান মহম্মুদ মখলগী নিপা অমা হাপচিনবা তাই, মহাক লাম্মীমক্তি নত্তে অদুমদি ওইবগা অতোপ্পা মওংগী দিগবিজয তৌবা নিপা অমনি; মহাক্কী মবমদা ব্রাবী কযা অমা লৈখ্রবনি — লেনিন।

# তরুণকুমার পন্দুপ

## অনিশুবা তাংকক

# আরব কলচরনা য়ৌনা চাওখৎপা লোয়ননা ভারতকা লৈনরকপা মরী

এশিয়াগী অয়াম্বা শরুক অমসুং আফ্রিকা অমদি ইউরোপকী শরুক খরা থুনা জয় তৌবা তুংদা অতে অতোপ্পা হীরমদা জয় তৌনবা আরবশিংনা মপুক্লিং লৈরমই। মখোয়গী সম্রাজবু মরা চেংহল্লবদা অনৌবা লৈবাক অতেদা তৌরিবদু মখোয়গী ৱাখলনা উবা খংলক্লমই; পৃথিবী অসিগী মরমদা অমদি মসিগী খোংচৎকী মরমদা খংনিংবগী লাংতক্লবা পোক্লমই। খৃষ্টগী চা নিপান মাপন শুরকপদা, জ্ঞানগী অঙ্কপা শক্তি, মরমচানা খঙ্গবনা চংশিল্লকপা খোংচৎ অমদি ৱাখল বিজ্ঞানগী মপান্না থিজিল্লকপা শরুক্কা আরবশিংগী মপুক লাংতকহল্লকপা, শিংথাবা য়াই। মহৌশানা, ৱাখলগী ফিরেপ অমদি থাজব মতুংইন্না ওইরকপা ধর্ম্মনা অহানবা হেক হৌরকপদা থাজরিবদুনা পুম্নমক্কী প্রমান ওই, খেৎনবা মতপু খ্বাইনা য়াদে, থৌগত্তে। অসিগুম্বা থাজবসিনা আরবশিংবু য়ৌনা পুশিনখি। জয় ওইবগী মাইপাকপনা, নুংঙাইবনা থাজবদুবু অমুক্কা হেন্না চেৎশিনহল্লি। অদুবু থাজবগী ওর্মখৈ ৱাংমা তান্না মখোয়না চথবা, ইন্দ্রিনা খংবা উবা তাবগী ৱাংমদা কান্নদনা হোৎনবা অমদি ৱাখলতনা ভাবনা শাদুনা তৌবা থবক্তা আশা তৌবা মপাঙ্গল কেমহনবা ঐখোয়না উবা ফংই। অতে মীশিংনা করি তৌরিবা কবি খল্লিবা য়েংউনবা, মী অতেগী ফিলোসোফি বিজ্ঞান অমদি নুংঙাইনা পুন্সি লেন্নবা পান্থে-উপায় তমউনবা খংউনবা, মতুংদা মখোয়গী মশাগী ওইবা ৱাখল জ্ঞান চাওখৎহন্নবা, খ্বাইদগী হৈ-শিংবশিংগী মনুংদগী খন্দুনা আরব লামকোয়বশিংবু থাপথ্রবা লৈবাক তান্না থারমই। বাগ্দাদতা পণ্ডিত কয়া কৌশিল্লমই লাইরিক কয়া পুশিল্লকই মপান্দগী; খালিফ-অল-মনশুরনা (খৃঃ চা নিপান ময়াই চল্লকপদা) নৈনদুনা থিজিন্নবা, মরোন্দা হন্দোক্লবা, অফিস লিংখিৎলমই; গ্রীক, লাইরিক জেত্ত, লাটিন অমসুং সংস্কৃতগী মফম অদুদা মরোন্দা হন্দোকহল্লমই। সাইরিয়া এশিয়া মাইনার অমসুং লেভেন্জটতগী অরিবা খুৎনা ইবা লাইরিক থিদুনা নমদুনা লৌরগা খুৎনা অমুক শিন্দোকহনখি। থায়নগী আলেকজেন্দ্রিয়া স্কুল, খৃষ্টান পুরোহিতশিংনা মুখৎলগা স্কুলগী ওঝা পণ্ডিতশিংবু তাঙ্খোকখি (লোয়থাখি)। পার্শিয়া অমদি অতে লৈবাকশিংদা পণ্ডিতশিং অসিবু লোয় থানরমই। মখোয়বু বাগ্দাদতা হরাওনা তরাম্না ওক্কুনা নুংঙাইনা লৈহনখি; মখোয়গা লোয়ননা গ্রীক্কী ফিলোসোফি, বিজ্ঞান, মেথমেটিক্স, প্রেটো অমসুং এরিষ্টোটল পোলেমি অমসুং ইউক্লিটগী লাইরিক কয়া পুরকখি। নেষ্টোরিয়ান (খৃষ্টান ডোকত্রিন্দা হৈ-শিংলবা পণ্ডিত) যীউ-গণ্ডিত, ভারতকী মাইবা, দর্শন্দা হৈ-শিংলবা পণ্ডিত, মেটমেটসিয়ান কয়া 'মসু য়াওরমই। খালিফ হরুন-হল-রসিদ অমসুং অল মামুন্না (খৃঃ চা নিপান অমসুং মাপলদা) পানঁগুদা ফাওবা পুম্নমক কায়দনা চখখি, য়াম্নসু চাওখৎলমই। চাওখৎলবা সভ্যতাগী পৃথিবীনুংদা বাগ্দাদ জ্ঞানগী খ্বাইদগী চাওবা ময়াই থোকপা লম ওইখি।

মতম অসিদা ভারতকা মরী লৈনরমই, ভারতকী মেথমেটিক্স, এষ্ট্রোনোমি অমসুং হিদাক লাংথক আরবশিংনা তমখি। মরী লৈনরীবসি মরুওইনা আরবতগী হৌরকপনি হায়বসি উনরক্কখি। আরবশিংনা ভারতগী তম্বা য়াবা কয়া তমখি অদুগা আরবতগীদি ভরতনা করিমতা তমখিদে মখোয়না খল্লিবা অদুতা খন্দুনা হেক ওমইবমখৈ মখোয়গী মশাগী পরিচয় মনুং নৈশিন্দুনা ভারতনা কনামতা তিন্নদনা মতোম্তা লৈরমই। বাগ্দাদগী জ্ঞান্নীশিংনা চায়খায়নরকপসি লাইবকথিবনি। আরবকী অনৌবা যুগনা হৌগৎলকপদা মপাঙ্গল মথৌনা শোঙ্গরক্লবা ভারতকী ৱাখলবু তনিকহল্লমই। জ্ঞানগী লমদা খংনিংবা হংজিল্লকপনা তকশিল্লকপদা মতমদুগী ভারত মচাশিং ৱাখলগী অমগা অমগা লৈনবা মরী পুম্বগী লংলা-লংজিন থেংনখি।

বাগ্দাদতা ভারতকী মঁহে মশীং বিজ্ঞান তম্নবসি খুৎকন পাঙ্জল্লবা বার্মাক শাগেনা (বার্ম্মিসাইডসনা) য়াম্না পুক্লিং থৌগৎলমই; শাগেসিনা হরূন-অল-রসিডপু মন্ত্রি (উইজার্ট) ওইহনখী। শাগে অসি বুদ্ধ ধর্ম্ম থাদোক্নুনা ধর্ম্ম ওনখি। হরূন-অল-রসিডনা নাবা মতমদা মনাক কৌবা মাইবা অমবু ভারতপী কৌখি। মনাক বাগ্দাদতা মরাতানা খুদ্দাখি; মফমদুদা চাওরবা অনালাইয়েংশং অমগী মহাকপু মকোক হাপখি। মনাক নত্তবা ভারতকী অতোপ্পা মাইবা তরূক অমসু মতমদুদা বাগ্দাদতা লৈরমই হায়না আরব লাইৱিক ইবশিংনা পল্লি। ভারতকী নিয়ম অমসুং আলেকজেন্দ্রিয়াগী নিয়ম মতুং ইন্না শীজিন্নবা এষ্ট্রোনোট আরবনা খংজিন্নরুমই; অফাওবা নিপা অনিগী মমিং খাইনা খংনরকই; ———— অল খারিস্মী, খৃঃ চা মাপলগী মেথমেটিসিয়ান অমসুং জ্যোতিষকার, অমসুং খৃঃ চহি চা তরানিথোইগী কবি-জ্যোতিষকার ওমর খয়াম। হিদাক লাংথক শীজিন্নবদা আরব ফিজিসিয়ান অমসুং সর্জ্জনশিং এশিয়া অমসুং ইউরোপ্তা মমিং চৎলমই। মখোয়গী মরক্তা খাইদগী হেন্না মমিং চৎপসি বোখাড়াদা লৈবা ইবন সিনা (আভিসেনা) নি। মহাকপু মাইবশিং-মরক্তা নিংথৌনি হায়না খংনরমই। খৃঃ ১০৩৭ তা মহাক লৈখিদে। অদুবু নরস ফরাবী আবর জ্ঞান্নি অমসুং ফিলোসোফরশিংগী মরক্তা শিংথানবা য়ানা চাওরম্মী।

ফিলোসোফিগী লমদা ভারতকী লিচিংবু থোয়না শিংথানদবগুম তৌরমই। ফিলোসোফি অমদি বিজ্ঞান্দা আরবশিংনা গ্রীক অমসুং অলেকজেন্দ্রিয়ান স্কুলবু তাম্নরমই। প্লেটো অমদি থোয়না মরুওইনা এরিষ্টোটলনা আরবশিংগী ৱাখলবু য়াম্না কয়া চিংমনখিবনা মতমদুদগী হৌদুনা ঙসি ফাওবদা ইসলামমিক স্কুলশিংদা ঙাংনরিবা ৱারম মৈহৌরোনগী অমদি মতিকচাবে খয়দুনা তম্নরিবা বিষয়দগী য়াম্না হেন্না মখোয় অনিগী মরমদা ঙাংনৈ ইনে। গ্রীক ফিলোসোফি স্কুলগী অউবা পোৎকী মরমদা নৈনবশিংনা আরবতা লাকখি অদুগা রেসনেলিজম অমসুং মেটেরেলিজম অনিবু ৱাংনা থাঙ্গৎখি। ধর্ম্মগী লমজিং ৱাহে অমসুং ধর্ম্মবু মেটেরেলিজম অনিবু ৱাংনা থাঙ্গৎখি। ধর্ম্মগী লমজিং ৱাহে অমসুং ধর্ম্মবু থাজবা পুম্নমক রেসনেলিষ্টশিংনা মরম প্রমান চাবা মওংদা পুথোকখি; অদুগা মেটোবেলিষ্টাশিংনা ধর্ম্মবু শুকয়ামক য়ারমদে। খংজিনবা য়াবা হায়ববু খেৎনরিবা ধর্ম্মগী ঈরমদা মনিংতম্না খন্ন-নৈনবা বাগ্দাদতা য়াহল্লিবসিনি। থাজবা অমসুং মরমচাবগী মতাংদা খংনবা, য়ানিংদবা উৎপা অসি বাগ্দাদ পুম্বা শিনবা থুংনা শন্দোকপদা নত্তনা আরবকী লম পুম্বা শন্দোক্নুনা স্পেন য়ৌখি। ঈশ্বরগী মতাংদা খন্নরম্মী; ঈশ্বরদা পীশিল্লিবা মতিক মগুণশিং অসি ঈশ্বরনা চেনবা, লৈজবা ঙমদে হায়না হায়রম্মী। গুণশিং অসিদি মীওইবতদা লৈগদবনি। অসুম্না খন্নমরই, ঈশ্বরদি থৌজান হৈ অচুম্বতা তৌই হায়বিবা অসিমক মূর্ত্তি লাৎপা কাংবুনি, ঈশ্বরদি মকোই অমতং খাকই হায়নবনা ঈশ্ববু চাং তাহল্লমই।

মবম প্রমান চাবনা অতোপ্পা, উদবা সংস্যাববু অমসুং ধর্ম্মগী চিংনবা শরুকপু থোকহল্লি। বাগ্দাদনা মবাইচায়থরকপা টর্কীগী শক্তিনা কনবা হেনগৎলকপগা লোয়না মবম-প্রমান চাবা থিবগী শরুকসু মযেং তাথরকই। তৌইগুম্বসুং আববনা খুৎ চনবা স্পেন্দা মসি চথখি; স্পেন্দা লৈবা খাইদগী হেন্না মমিংচৎপা আরব ফিলোসোফরশিংগী মরক্তা অমখক্তি ধর্ম্ম হায়বা অমা লৈতে হায়বা লমখৈ য়ৌনা চথখি। মসি, খৃঃগী চহি চা তরানিথোইদা লৈরম্বা ইবন রসিদনি (অভেরোজী)। মহাক্কী মতমদা লৈবা ধর্ম্ম মখল কয়াগী মরমদা হায়বমই হায়না মহাকপু হায়নৈ; ধর্ম্মশিং অসি অঙাং অমদি অপংবশিংগীদমক্তনি নত্রবদি মখোয়না (ধর্ম্মনা) করিমতা কান্নবা লৈতে। থাঙ্গেশেংনমক মহাক্না মসি হায়খিবরা নত্রগা হায়খিদত্রা হায়বসিমক চিংননিংঙাইনি; অদুম্নদি ওইরগা চৎনবীনা মহাক অসি করম্বা মীনো হায়বদু উৎলি; মহাক্না হায়রম্বা মৱাহৈনা লাইপু ওইদুনা মহাক অৱাবা নংখি। হীরম কয়াদা মহাক মমিংচৎলি। সমাজগী অকনবা থবক্তা শরুক য়াজনবা নিপীশিংদা মরাইবক অমুক্তং চাং য়েংহনগদবনি হায়না মহাক্না কয়া ইরমই; নিপীশিংনা মশা মশাবু চুমথোকচবা ঙমই হায়নসু মহাক্না হায়রম্মী। শেম্বা থোকত্রবশিং অসি অসিগুম্বা মীশিংবু য়াওহল্লোইদবনি হায়না মহাক্না মাগী মত পীরমই; মরমদি অসিগুম্বা মীশিংদি সমাজদা ৱাহন্নবনি। ইউরোপকী মঁহে তম্নবা লৈরিবা মফম পুম্নমক্তগী স্পেন্না খাইদগী খুমাং চাওশিনবা হেনখি। কোর্ব্বোলা বিশ্ববিদ্যালয়দগী থোরকপা আরব অমসুং য়ীউ পণ্ডিতশিংবু পেরিস অমসুং অতৈ মফমদা নিংথিনা সম্মানগা লোয়ননা ওক্লখি। ইউরোপ্তা লৈবা লৈবাকশিংবু আরবশিংনা শীংথানখিদে। পেরেনিজ (চীংজা) গী অৱাংদা লৈবা ইউরোপ্কী মীশিংবু আরবকী

লাইবিক ইবা, টোল্লেডোদা লৈবা সয়ন্দনা অসুম্না হায়রম্মী "মখোয়দি য়াম্না ইংথৈ; মখোয়গী য়াখল কদৌনুংদা মপুংমবৈ ফাদে। মখোয়গী শাবান মূর্ত্তি নিংথিজৈ, কুচু ঙৌই। মখোয়গী য়াখল থৌদে (পায়রক্কী লৌশিং লৈতে) অদুগা জ্ঞান-বিদ্যাদা হুঞ্জিন্না মনুংথিৎনা খংদে।

নোংচুপ থংবা অমসুং ময়াই থংবা এশিয়াদা আববকী কলচব অমসুং সভ্যতানা মপানশাববদা, মকুওইবা মফম অনিদগী – আবব অমসুং ইবান্দগী থাগৎনবগী খোল্লাও থোবকলমই। য়াখলগী শক্তি পুথোক্তুনা, অমদি অৱাংবা থাক্তা হিংদুনা লৈনবা, লেংদনা অৱাংবা ফীবম তাহন্দুনা, তৎন থানদনা, অনিমক অমতা ওইনা পুনশিনখি। আববকী মাইকৈদগী কনশিন্না হংবা অমসুং হংনিংহনবা পোকখি। ইবানগী মাইকৈদগী কে-মৌনা অমদি ফজনা পুন্সি লেন্নবগী কলা থোবকখি। টর্কীসকী শাসন মথাদা বাগদাদনা শিথবকপনা অচুম্বা-প্রমান চাবা খিজনবা অমসুং থিন্নিংবা শকক চাং হম্থখি। মসি পূন্নমক চেঙ্গীজ খাঁন অমদি মোগলশিংনা লোয়শিনখি। চহি চামাগী মতুংদা মধ্য এশিয়া অমুক হন্না মমিৎ পাংখি; আবব-পার্শিয়াগী মাংখ্রবা সভ্যতাগী চৎনলোন খবা মখৈ ময়োন চোংহন্দুনা লাই য়েকপা অমসুং খুৎশা হৈবগী সমকাণ্ড অমসুং হেবাটনা ময়াই থোকপা লম ওইখি। অদুম্নদি ওইবগা আববকী অচুম্বা পাম্বা অমদি বিজ্ঞান্দা মথৱাই য়াওবদুদি অমুক হন্না ময়োন চোংখিদ্রে। ইসলামনা থোয়না হেন্না কনশিনবা ধর্ম্ম ওইবকলে; মীওইবগী থম্মোই জয় তৌবগী মহুত্তা লৈবাক জয় তৌবা লাম্নীগী ধর্ম্ম ওইবকলে। এশিয়াদা ধর্ম্মশিংগী মকোক ওইনা লুচিংবদি আববনা পংকুই কুইখিদ্রবনা টর্ক*শিংনা অমদি মুগোলশিংনা ওইখি। নোংচুপ এশিয়াদা লৈবা মোগলপুম্বা পাওল ওইপ্রে; লাপ্পবা নোংপোক হাবমদা অমদি ময়াই লমদমদা লৈবা কয়া অমনা বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎখি।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## অহুমশুবা তাংকক

# গজনিগী মহম্মুদ অমসুং অফগানশিং

চা-নিপান শুবা খৃষ্টাব্দগী হৌগৎলকপদা, খৃঃ ৭১২ দা আরবশিংনা সিন্ধ মৌরকখি অমসুং মখুৎচনখি। মখোয়না মফমদুদা পন্থদুনা লৈখি।

* "টর্ক নত্রগা টর্কী" হাহে অসি অয়াম্বা মতমদা ঐহাক্তা শীজিন্নে। মসিদা শেরাম্নৰা লৌনবা য়াই; মরমদি হৌজিক 'টর্ক' হায়বগা টর্কিগী মীবু খংনৈ; মখোয়দি ওসমানলি নত্রগা ওট্টোমেনগী ধাবানি। অতোপ্পা টর্ক জাত্তি অমসু লৈরি - সেনজুকানচিংবা/মধ্য এশিয়াগী টুরানিয়ান জাত্তি, চীনাগী টর্কেস্টান অসিনচিংববু টর্ক নত্রগা টর্কী কৌবা য়াই।

চাওবাক্তা চহি য়াম্খৈগী মনুংদা আবব সম্রাজদগী সিন্ধ নাছোকখি; অদুগা পাঙনগী মনিংতম্বা ষ্টেট অমা ওইনা লৈখি। চহি ৩০০ লোমদি ভাবতনা অতৈ-লৈবাক্তা লান্দাকবা অমদি ভাবত্তা লান্দাবকপা লৈতে। খৃষ্টাব্দ ১০০০ দা মধ্য এশিয়াদা গজনিগী সুলতান মহম্মুদ ফাওগৎলক্লমই মহাক্তা আফগানিষ্টান্দা লৈদুনা ভাবত্তা লান্দাবকলমই। অসুম্না হৌজ কযাবক লান্দাবকলমই; মখোয় তমথী নুংশিহৈতে; লান্দাবকপা খুদিংদা মহমুদনা মপান নাযদবা লম্ছুম পুখি। মতমদুদা লৈবম্বা পণ্ডিত, খিভাগী আলবাকনিনা লুটশিংদুবু অসুম্না ইবমই, "মাইকৈ মবিদা শিনবা থুংনা চায়খাইদুনা লৈবা উফুল মবিককুম হিন্দুশিংনা লৈবমই; হিন্দুশিংগা মীনা লিনবম্বা থায়নগী অবিবা হাবীগা পাংখক ওইবমই। চায়না তাদুনা লৈবা মখোয়গী অশিবা মশানা মুসলমানশিংবু মক ওইনা, থিনা নুংশিদবা তুক্কচ্চবা উৎখি।" কবিগী তাবম্বা কলম্মা, মহম্মুদনা থোকহল্লম্বা অমাং অতাগী হাখল অমা ঐখোয়দা পোকহল্লি। অদুগা মসিমসু নিংশিংবা য়াই মদুদি ভাবতকী অৱাং থংবা শকক্তমক, মক ওইনা মহাক্কী লম্বী থোকপা মাইকৈতদা মহম্মুদনা শোকলমই অমসুং মাং তাকহল্লমই। ভাবতকী ময়াই, নোংপোক অমসুং খা থংবা শকক্তি মপুং ফানা মাগী মখুত্তগী নাছোকখি।

মতমদুদা অমদি মতুং ফাওবদা খুৎকল্লবা চোল সম্রাজগী মখাদা খা-ভারত লৈবমই; চোলাশিংনা সমুদ্রগী লম্বীপুম্না পায়শিল্লমই লোয়ননা যবা (যাভা) অমসুং সুমাত্রাদগী শ্রীবিজয়া ফাওবা লৈবাক শন্দোকখি। নোংপোক সমুদ্রদা লৈবা ভাবতকী লোয় পুম্নমক চাওখৎলমই অমসুং মপাঙ্গল কল্লমই। মখোযনা খা-ভারতকা অনিগী মখুত্তা ঈশিং লমগী শক্তি খুর্জ্জি লৈবমই। কংফান লমদা লান্দারকপদগী মসিনা অৱাং ভাবতপু কনবা ঙমখিদে।

মহম্মুদনা মহাক্কী লৈবাক্তা পঞ্জাব অমসুং সিন্ধ হাপচিনখি অদুগা লুট তৌববা খুদিংদা গজনি তান্না হেক হেক হনখি। কশ্মীববু মহাক্তা জয় তৌবা ঙমখিদে। চীংলমগী লৈবাক অসিনা মহাকপু থিংদুনা তাছোকখিবদা মমায পাকলমই। টাবিষ্ক-ই-সোবাদ কৌবা পার্শিয়া লোন্দা ইবা অবিবা লাইবিক্তা মাইথীবা পীবিবা অসিগা মবী লৈননা ঙকলবা মতাং অমা ইরমই (লাইবিক অসি বনচোজি অমবজি বম্বে-না ১৮৮২ দা হন্দোকপনি) লমাই ১১২ ঃ কীমনখিবনা সাহ মহম্মুদনা মতুংইয়া চেনখি, মথহাই কনখি অদুবু মাগা লাকমিম্নবা নিপা নিপী কয়াদি ফাহৌই। ------- টর্কশিং, অফগানশিং, অমদি মোগল নিপীশিংবু বন্দি ফাদোক থমখি; ময়ুম পান্দবী নিপীশিংবু ভাবতকী লাম্নীশিংনা মখোয়গী নিপী ওইনা লৌখি - --- ও-হন্নবা হিদাক চাব-তুম্নবা হিদাক পীজদুনা চাকখাও শেংদোকপগুম্না ফাহৌবা বন্দিশিংবু শেংদোক্লগা লেংমান্নবা ফম্নাইবশিংনা নিপীশিংবু লুহোংনবমই। তোম্থবা নিপীনা অতোনবা মীশিংদা ময়ুম পাল্লমই। ইকাইখুম্নবদা মতিক চাববা

মীশিংবু মকোই কোকথোকহল্লমই; মখোয়বু রাজপুত জাতিগী শেখবাত অমসুং রাথেল ওইহনখি। অদুগা তোঙ্গবা কাংবুবুনা কোলি, খানতা, বাব্রিজ অমসুং মের কাংবু ওইহনখি। টারিক্ষ-ই-সোরাজ ঐহাক ইশামক খংদে; মদু কদায়ফাওবা থাজবা য়াবগে হায়বা ঐহাক খংদে। মতাং অসি ঐহাক্না কেঃ এমঃ মুন্সিনা ইবা "ডি গ্লোরি ডেট রাজ গুরজারদেশ, পার্ট ৩ লমাই ১৪০ দগী লৌথোকপনি। মর ওইনা ঐহাক্না পামজবদি মীরৈবাক্কী মীশিংনা রাজপুট জাতি ওনখিবা অদুগী মথক্তা লুহোংদুনা চারোন মৌরোন্নখিবনি। শেংদোকপগী নিয়ম পনথ্রিবা অদুদি চুম্নগী রারিনি। কাঠিয়ারদা লৈবা সোমনাথতগী মহাক্না হল্লকপদা রাজপুতনাগী লৈকংলা লমদমদা মহাকপু য়াম্না থীনা মাইথিবা পীখি। মসিনা মাগী ইরোই লোয়বা লুটনি, মতুংদা মহাক অমুক হল্লকখিদ্রে।

মহম্মুদ ধর্ম্ম চেনবা মী অমা ওইনা লৌবদগী লাম্মী অমা ওইনা লৌবনা য়াম্না হেন্না পকই; লৈবাক জয় তৌবা মী অতেগুম্না মহাক্না লৈবাক জয় তৌবদা মাই পাক্লবা ধর্ম্মগী মিংবু শিজিন্নে লোয়ননা ধর্ম্মবুসু মাংতাকহল্লি। ভারত অসি মঙোন্দদি মহাক্কী ময়ুমগীদমক লম্বুম অমদি অতে পোং তানফম ওইনা তৌরমই। ভারতকী লাম্মী অমবু মহাক্না মিং চনশিন্দুনা মহাক্কী জেনরেল অমগী মখাদা থনমই। ভারতকী লাম্মী অদুগী মমিং তিলক কৌই মহাক ভারত মচানি, হিন্দুনি। মধ্য এশিয়াদা লৈবা মহাকমক্কা ধর্ম্ম তিন্নবশিংগী বিরুদ্ধদা লাম্মী অসিবু মহাক্না শীজিন্নে। মধ্য অমসুং নোংচুপ এশিয়াদা লৈবা অচৌবা সহরশিংগী মায়োক্তা গজনি সহর অসি শেমগৎকে হায়না মহাক্না ভারতগী পুখি। ফুরা দলান্না মহাকপু য়াম্না মিহৌহল্লি; দিল্লি মনাক্তা লৈবা মথুরা (হৌজিক্কী সুত্রা) সহরনা মহাক্কী মপুক্লিং লাংতক্লহনখি। মসিগী মরমদা মহাক্না ইরমই, "থাজবশিংগী থাজবনা মপুক্লিং লাংতক্লহনখি। মসিগী মরমদা মহাক্না ইরমই, "থাজবশিংগী থাজবনা লেংদনা লেপ্পগুম মফমসিদা চাওববা ফুরাদলান লিশিং অমা লৈরি; আরবতা চৎনরিবা ম্লাগী শেন ময়েক 'ভিনর' কোটি কোটি খরচ তৌদুনসু সহর অসিনা হৌজিক ওইরিবা ফীবম অসি য়ৌনা ফজহনবা ঙমলোই; নৎত্রগা চহি চনি (২০০) শাগৎপদা অসিগা মান্নবা সহর অমা ওইহনবা ঙমলোই।

লান শোক্লরিঙৈ শরক্তা মহাকমকী পোক্লফম লমদমদা কলচরনা চংশিল্লকপা চাওখৎ খোংথাংবু পুকনিং থৌগৎপদা মহাক্না নুংঙাইবা পোক্লমই; মীথোয় মীহেনবা মী কয়াবু মহাক্না পুন্না খোমজিল্লমই। মখোয়গী মরক্তা পার্শিয়াগী মমিং চৎলবা কবি, শাহনামা ইবা, ফার্দৌসিসু য়াওরমই; অদুবু মমৈথংদা মহাক মহম্মুদকা কায়নখি। পণ্ডিদসু ওইবা লমকোযবা আলবারুনী, মতম অমত্তদা হৌমীন্নবনি; মহাক্না ইবা লাইরিক্তা, মতমদুনা, মধ্য এশিয়াদা লৈবা য়ুম্নান কৈবানগী তোঙঙান তোঙঙানবা মওংদা ইবা রারী অমা মহাক্না ঐখোয়দা উহল্লি। খিবাগী মনাক্তা পোকই, পার্শিয়াদা লৈবা মীগী মচামক্তনি, মহাক্না ভারত্তা লাক্লবা হেক ঙম্নমখৈ লম কোয়রমই। খা ভারত্তা লৈবা চোলাগী লৈবাক্তা লৈবা ঈশিংখোং পাক-শন্না তৌবগী মরমদা মহাক্না ঐখোয়দা হায়রমই; অদুবু মহাক মশামক্না মখোয়শিংদু উরুত্রা নত্রগা মহাক খা-ভারত য়ৌনা চৎলত্রা হায়বসিমক চিংননিংঙাইনি। কশ্মীরদা মহাক সংস্কৃত তমলমই; ধর্ম্ম শাস্ত্র, দর্শন, বিজ্ঞান অমসুং ভারতকী কলা মহাক্না তম্লমই। গ্রীক ফিলোসোফি তমনিংদুনা মহাক্না অহানবদা গ্রীক তম্লমই। মহাক্না ইবা লাইরিকসিং অসি পাওগী পুঁকে ওইবতা নত্তনা লান শোক্লদুনা হাৎনগুনরবা লুট কয়া তৌরবা চৈরক্তা মপুক তপ্পা ইংনা পণ্ডিতকী থবক্তা মতৌ করম্না চত্থরম্না, লৈবাক অমগা অতোপ্পা লৈবাক অমগা মিহৌনবা অমদি শাওনবনা য়ৌনা নুংশিনহন্দ্রবসু লৈবাক অমগী মীশিংনা য়েংথিনরবা লৈবাক্কী মরমদা খংজিন্নবা করম্না হোৎনরম্বগে হায়বদু মহাক্না ঐখোয়দা হায়রম্মী। মিহৌবা অমদি অশাওবনা মাইকৈ অনিগী অচুম-অরানগী রাখলবু, লৈচিন্না মঙান কুপশিনবগুম্না চম্মনহল্লম্মী হায়বসিদা চিংননিংঙাই করিমত্তা লৈতে অদুদসু নত্তনা লৈবাক খুদিংমক্না মাগী মাগী মীতনা স্বাইদগী হেন্না চাওই - মকোক থোংই হায়না খন্নরমই। ভারতমচাশিংগী মরমদা অলবারুণীনা হায়, "মখোয়দি নাপন কায়, কান্নদবমখৈ পংই, মশাগী ওইজবা তাল্লি, তল্লি অদুগা অসুম্নসু মখোয়না থাজে --- মখোয়গীগা মান্নবা লৈবাক লৈতে, মখোয়গা মান্নবা জাতি লৈতে, মখোয়গীগা মান্নবা নিংথৌ লৈতে, মখোয়গীগা মান্নবা বিজ্ঞান লৈতে।" মসি মীশিংদুগী রাখলগী চপচাবা অচুম্বা বিবরম্নী।

ভারত ইতিহাসতা মহম্মুদগী লুট অদু অচৌবা থৌদোক অমনি; রাজনিতিগী লমদা ভারতপু অমত্তা ওইনা য়েংলবদি লুট অদু ভারতপু থিনা শোকহল্লমদে; ভারতকী ময়াইগী শরুক্তি লুট তৌবা য়ৌরমদে। লুটশিংদুনা অরাং-ভারত অসি

মপাঙ্গল শোল্লি অমসুং অমাং-অতা থোকখি হায়না উৎলি; অদুগা আলবারুনীনা ইরম্বা শরুক্তা অৱাং অমসুং নোংচুপ ভারতপু শাসনগীদমক লৌশিনখিদে হায়নসু উৎলি। অৱাং-নোংচুপ মাইকৈদগী তোয়না লান্দারকপনা খংনদনা লৈরমলবা ৱাখল অমসুং অর্থিক্কী থীবমদা অনৌবা শরুক কয়া পুশিল্লকুনা ভারতকী মিৎ পাংহল্লি। তমথীরবা লান্নীগী লান্দারকপগা লোয়ননা, পুন্নমক্কী মথক্তা ইহান হানবা ওইনা ইস্লাম ধর্ম্ম পুশিল্লকুম্মী। কুইরবদা চিহ ৩০০ হেন্না ইস্লাম্না শান্তি ওইনা ধর্ম্ম অমা ওইনা চথরকখি; খৎন-চৈনবা খুদোংথিবা লৈতেনা ভারত্তা চৎনরিবা ধর্ম্মশিংগী মরক্তা ধর্ম্ম অসিগী মফম চনখি। ইনৌ নৌনা চংশিল্লকপনা মশানা ইচং থৌবা তাবনা মদুদগী থোরকপা ফজনা হান্না লৈরম্বা মীশিংগী থম্মোইদা য়েংনিংদবা পোকহনখি। অনৌবা ধর্ম্মবু (য়ানিংদবদি তৌরমদে) থিংবদি থিংলমদে অদুবু ধর্ম্ম অসিনা, হান্না লৈরম্বা মীশিংগী পুন্সিগী খোংচত্তা মথক মখা ওলহনবা, কন্না য়েংশিল্লকপা শরুকতদি য়াম্না কন্না য়ানিংদবা ফোংদোক্লখি।

হিন্দু ধর্ম্মগী তোঙগুান তোঙগুানবা মওং অমদি মতৌ খেৎনরবসু হিন্দু ধর্ম্মনা মরুওইবা ধর্ম্ম ওইনা ভারত্তা ধর্ম্ম কয়ামরুম লৈরমই হায়বসি নিংশিংবা তাবনি। জৈন ধর্ম্ম অমসুং বুদ্ধ ধর্ম্মনা শিথরক্তুনা হিন্দু ধর্ম্মদা তিনশিনগ্রবসু ধর্ম্ম অনিসিতা নত্তনা খৃষ্টান ধর্ম্ম অমসুং হিন্দু ধর্ম্মসু লৈরমই। হায়রিবা ধর্ম্ম অনি অসি খৃষ্টগী মতুং চহি চামগী মনুংদা ভারত য়ৌরকখিবগুম তৌই; লৈবাক অসিদা ধর্ম্ম অনিসিগী খোংদাফম ফংখি। খা ভারত্তা সাইরিয়া-খৃষ্টান অমসুং বোষ্টারিয়া-খৃষ্টান অনিমক য়াম্না লৈরমই; অতৈনা তৌবগুম অনি অসিমক লৈবাক্কী শরুক অমা ওইখি। অসুম্না যীউ থোরকখি। অসুম তৌদুনা মশীং পংয়াম য়ামদ্রবসু জুরোষ্ট্রিয়ান ধর্ম্ম খৃঃ চা-তরেৎ হেক শুবদা ইরান্দগী ভারত্তা খোংদারকখি। লোয়ননা মুশলমান কয়ামকন্না নোংচুপ থংবা সমুদ্র মপান তন্না লাক্তুনা অৱাং নোংচুপ থংবা শরুক্তা খুন্দাখি।

মহম্মুদ; লানগুম্বা ওইনা লাক্লমই, মহাক্কী লৈবাক্কী সিমানা পঞ্জাপনা ওইরম্মী। মশামক্তা মফমদুগী ৱায়েনচৈ পায়রবদা, লৈবাক অদুগী প্রজাশিংবু খর মখৈদং ওইরবসু মখুৎ চল্লবা মহাক্কী হান্নগী নিয়ম চৎহল্লবা হোৎনরমই। প্রজাশিংগী নিতি নিয়মদা মখুৎ থিংজিনবা তৌরমদে; ৱায়েল লাংদা অমদি লান্নীগী লোয়শংদা হিন্দুশিংবু চাওনা চাওনা ফন্নাইহল্লমই। অসুম্না তৌবসি ইহান হান্না মহম্মুদকী মতমদতা উবা ফংগনি; মসি মমৈদদি হেনগৎলকখি।

খৃষ্টাব্দ ১০৩০ দা মহম্মুদ শিখি। মহাক্না শিরবা মতুং চহি ১৬০ হেন্না ভারত্তা অতৈ লান্দারকপা লৈখিদে নত্রগা পঞ্চাপতগী হেঞ্জিন্না টর্কীগী, লম লাম্ভোকপা লৈখিদে। মতুংদা শোহাব-উদ-দিন কৌবা অফগান অমনা গজনি লৌখি মজনিভাইও সম্রাজ লোয়শিনখি। মহাক্না লাহর ফাওবা লাকলমই মতুংদা দিল্লি য়ৌরকখি। দিল্লিগী নিংথৌ পৃথ্বিরাজ চৌহান্না মহাকপু থীনা মাইথিবা পীখি। সেহাব-উদ-দিন্না আফগানিষ্টান্দা হনখি; থংনবা চহিদা অতোপ্পা লান্নী তেঙ্গোল অমা পুদুনা অমুক হল্লকখি। মতম অদুদা মহাক্না লান ঙমখি; ১১৯০ দা মহাক্না দিল্লিগী সিংহাসন কাখি।

পৃথ্বিরাজ খ্বাইনা খংনবা মথৌনা ফবা নিপানি; মহাক্কী মরমদা ইবা দঁশে অমসুং ৱারি ঙসি ফাওবদা মমিং চৎলি; নুংশিনবনা ঙাওরবশিংদু মতম পুম্বদা মীনা মশক খংনৈ। কনৌজগী নিংথৌ জয়চন্দ্রগী মচানিপীবু লৌগে হায়দুনা তিন্নবা নিংথৌ অমদি নিংথৌমচাশিংবু অমতা ওইনা মাইথীবা পীদুনা মপাগী কোনুংদগী মহাকপু নুংশিজবা, মহাক্সু নুংশিজবা লৈশাবী অদুবু মহাক্না পুদুনা চৎখি। মথৌনা লৈবা নিংথৌ অমগা থীনা য়েক্কক্লবনা, মাইকৈ অনিগী খ্বাইদগী থৌনা ফবা অনি শিমিন্নখিবনা তেল্লবা মতম খরদং, মহাক্না মাগী নিপীগা লৈমিন্নখি। দিল্লি অমসুং মধ্য ভারতকী অকনবা অনিবু মহৈ মহৈ হাৎননবা শিনজিনবনা মখোয় মশেল অমগা অমগা য়েংথিনখি, হাৎনখি। অসুম্না নিপী অমবু নুংশিকুবনা পৃথ্বিরাজনা মাগী মথৱাই, সিংহাসন, মাগী সম্রাজগী কোনুং দিল্লি মাংখি, মপান মীরৈবাক্তগী লাকপা, লান্দারকপা অমগী মখুত্তা তাখি। মহাক্কী নুংশি নুংওনগী ৱারীবু ঙসি ফাওবদা শক শোন্নরি; মহাকপু থৌনা ফনা ঙাংনখি অদুগা জয়চন্দ্রবু মপুক ফত্তবা মী মাংনবা শিনবা নিপা অমা ওইনা হায়নখি।

দিল্লি জয় তৌবসিনা ভারতকী লৈহৌরিবা লৈবাকশিং পুম্বা খুদুম চনলি হায়বা নত্তে। খা ভারত্তা চোলানা খুৎকন পাঙ্গলনা পাল্লম্মী অদুগা নিংতম্বা ষ্টেট কয়ামকুমসু লৈরমই। খা-ভারত তান্না আফগানগী শাসন শন্দোকপদা চহি ১৫০ রোম চংলমই। অনৌবা শাসন মীয়ামগীদমক্তদি দিল্লিনা খুদম ওইরমই, দিল্লিনা ফোংদোকলি।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## মরিশুবা তাংকক

# ভারত-অফগান ঃ খা ভারত ঃ বিজয়ানগর ঃ বাবর ঃ সমুদ্রদা শক্তি

ভারতবর্ষগী ইতিহাসপু সাহেবনা অমদি ভারত-ইতিহাস ইবশিংনা মহৌশানা মরুওইনা মতম-তাংকক অহুম থোক্লা খায়দোকই ঃ মৈহৌরোল নত্রগা হিন্দু ঃ মুসলিম ঃ অমসুং বৃটিশকী মতম। খায়দোকইবসি শিংদুনা তৌবসু নত্তে অদুগা মশানা তাবা অচুম্বসু নত্তে; মসি অরানবনি, মসিনা অন্নানবা ৱাখল পোকহল্লি। অহৌবামক্তদা হায়জিনবা অহোংববু হেঞ্জিন্না নৈনৈ; ভারত্তা লৈবা প্রজাশিংগী রাজনিতি, অর্থনিতি অমসুং কলচরগী মরুওইবা মশানা পুজরকপা অহোংববুদি নৈনদে। মৈহৌরোনগী মতম হায়রিবা অসিমক য়াম্না পাক-চাওশ্রে, অহোংবনা পীকথল্লি; চাওখৎলকপা মুখরকপা অমুক চাওখৎলকপনা পীক থল্লি। মকালিম নৎত্রগা ময়াই ওইবা মতম হায়রিবা অসিমক্লা অতোপ্পা অহোংবা অমা পুরকই, হেন্না মরুওইবা অহোংবনি; অদুম্নদি ওইরগা, য়াম্না নত্রগা খরদং ওইরবসু মকোক ওইবা খরদতা নৈশিল্লি, ভারতমচাশিংগী পুন্সিগী মরুওইবা মথং মথং ওইরকপা শরুক অদুবুদি কান্নবা ওইনা করিমতা শোক্তে। য়েহৌঙে মতমদা লাক্লম্বা লৈবাক জয় তৌবশিং অদুগুম্না অৱাং-নোংচুপ্তগী লাকুনা ভারত্তা লান্দারকপশিং অদুদি ভারতবর্ষদা লৈখ্রবনি ভারতবর্ষদা লেপ্লিবা পুন্সি অদুমক মখোয়নসু লেনখ্রবনি। মখোয়গী শাগৈ-নাতে পুম্নমক ভাবতকী শাগৈ-নাতে ওইখ্রবনি; অমগা অমগা চাবোন মৌরোন্নদুনা শাগৈ অমদি জাত্তিশিং অসি অমতা ওইনা মশক খংনদবমখৈ তিনশিনখ্রবনি। তোপ-তোপ্পা শরুক খরা নত্তনা মীশিংগী চৎনবী নিয়ম য়ুম্বানলোন্দা খুৎ থিংজিল্লক্লবা হেক ওম্নমখৈ হোৎনরম্মী। মখোয়না ভাবতপু মখোয়মকী পোক্লফম লমদম ওইনা খল্লমই; অতোপ্পা লম লৈবাক অমদা চৎলুবা লৈরুবা তৌরমদে। ভারতনা মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইনা লৈরমই।

বৃটিশ লাকপনা মরুওইবা শরুকপু খেৎনহল্লমই হান্না লৈজরম্বা শরুকপু মওং কয়া থোক্লা মরূ ফুক্তোকখি। ইংলণ্ডদা থোকখিবা লৈবাক্কী লাহৌগী মতমদগী আইন-চৎনবী শেমদোকওঁদগী অমদি নৌহৌনা চাওখৎপা হৌরকওঁদগী ইউরোপ্তা তপ্পা তপ্পা চাওখৎলকপা, নোংচুপ লমদগী তোঙঙানবা ইহৌ অমা মখোয়না পুশিল্লকলম্মী; খুৎশা হৈবগী লাহৌনা হৌগৎলকপদা মদু মওং অমা তাখিরমই। আমেরিকা অমদি ফ্রান্সকী লাহৌনা মসি থোয়না শাংথহনখি। ভারত্তা বৃটিশশিংনা মীতোপ, মীরমলেনগী মী ওইনা তিনশিনবা ইয়া য়াদবা চানদবা ওইনা লৈরমই। অদুগা ভারত্তা তিন্নশিনবা য়ানবা হোৎনবসু তৌরমদে। পুম্নমক্কী মথক্তা অহানবা ওইনা ভারত-ইতিহাসতা ভারতকী শাসন খুৰ্জি মপান-লমদা লৈবনা পায়রম্মী অদুগা ভারতকী শেম্বুমসু অরাপ্পদা লৈবা, মীরৈবাক মচাদা শীনখি। মখোয়না ভারতপু হৌজিক মতমগা চান্নবা, অতোপ্পা মখলগী লোয়লম ওইনা শেমখি; ভারত-ইতিহাসতা ইহান হানবা ওইনা ভারতনা লোয়লম ওইনা লৈখি।

গজনিগী মহম্মুদনা ভারত্তা লান্দারকপদি টর্কিগী ওইবা মীরৈবাক্কী লাহ্লোংনি; মসিনা পঞ্জাপবু মতম খরা ভারত্তগী তোঙঙান তানা লৈহনখি। খৃঃ চহি চা তরানিথোই লোয়্নরকপদা লাকপা আফগানশিংদি অতোপ্পনি। মখোয়দি ইন্দু-আর্য্য জাত্তিনি, ভারত্তা লৈবা মীশিংগা নক্লবা মরী লৈনরমই। মতম য়াম্না শাংনা আফগানিষ্টান ভারতকী শরুক মচেৎ অমা ওইরমই, ওইয়ু হায়নসু তমলমই। মখোয়গী লোন 'পাষ্টো' সংস্কৃতনা য়ুম্ফম ওইবা সংস্কৃতগী থোকখিবনি। আফগানিষ্টানদা

লৈবগুম্না থাঙ্গনগী ওইবা ফুবা দলান অমদি ভাবত কলচবগী অতেক অকায় মরু ওইনা বুদ্ধগী মতমগী ওইবা, মপুং ফানা লৈবা মফম ভাবতকী মনুং অমদি মপান্দা লৈতে। আফগানশিংবু ইন্দু-আফগান কৌফম থোকপনি অদুগা কৌবনসু য়াম্না চুন্নবনি। তম্পাক্কী লৈতেম মান্নবা অশাবা লমদমদা লৈবা মীশিংগা কশ্মীবগী চীংথক্তা লৈতেম মান্নবা লমদা লৈবা মীশিংগা খেৎনবগুম্না মখোয় অসি হীরম কয়াদা ভারতকী লৈতেম মান্নবা লমদা লৈবা মীশিংগা খেৎনৈ। অদুগা অসুম্নদি খেৎনবে হায়ববু কাশ্মীরদি ভারতকী মহৈ-মশীং অমসুং কলচরগী থাদোকপা য়াদ্রবা মফম অমা ওইববনি অদুগা মতম পুম্বদসু ওইখিগনি। হেন্না ৱাংলবা কলচর লৈববা পুন্সিগী অফ-ফত্তা জ্ঞান লৈরবা আবব অমসুং পার্শিয়ানশিংগা অফগানশিংগসু খেৎনৈ মান্নদে। চীংদা শাবা মখোয়গী লানবনগুম মখোয় মশা কল্লি অমসুং তমথী, অনিংবা-থাজবদা চেংশিল্লি, ৱাখল থৌবা, ৱাখল-জ্ঞান শীজিন্নবা লাগ্নীমক্তি নত্তে। লাহৌবকপা মীশিংগা মাইপাক্লা মাইবোং য়াবনা মখোয়গী থাবা য়াদ্রবা লমচং হৈনবী ওইবমই; মখোয়দি তমথী থম্মোই কল্লি।

তৌইগুম্বসুং মখোয়না থুনা জ্ঞান তাবকখি। ভাবতবর্ষনা মখোয়গী যুম ওইখি অদুগা দিল্লিনা মখোয়গী কোনুং ওইখি, মহম্মুদকী মতমদা তৌবগুম্না গজনিগুম পংলাপ লাপখিদে। মখোয়না লাকপা মফম আফগানিষ্টান্না মখোয়গী লৈবাক্কী ওর্মখে সিমানা শকক ওইখি। মখোয়না ভারতকী মী ওইখিবসি থুবমই; মখোয় অয়াম্বনা লৈবাক অসিগী নিপী লৌখি। মখোয়গী অচৌবা নিংথৌশিংগী মরক্তগী অলাউদ্দিন খিলজী কৌবা অমনা মশামক হিন্দু নিঙোল অমা লুহোংমিন্নখি। অসুম্না মাগী মচানিপাসু তৌখি। মতুংদা নিংথৌ ওইবকপা খবদি টর্ক জাত্তিনি মদুদি - কুটব-উদ্ দিন আইবক, সুলতানা বেজিয়া অমসুং আলটুমিশ; অদুগা অঙম অথৌ অমসুং লাম্মিদি মকওইনা আফগান ওাক্লি। সম্রাজগী কোনুং ওইনা দিল্লি য়াম্না চাওখৎখি। লমকোয়দুনা লৈবাক কয়া য়েংলুববা, কাইবো অমসুং কন্সটানটিনোপলদগী চীনা ফাওবদা লৈবিবা সহব কয়াবু উকরবা, মোবোকোদগী লাকপা, অফাওবা আবব লমকোইবা, ইবন-বত্ততানা খৃঃ চা তবামবি শুবদা, খবখিৎ হোঞ্জন্না হায়ববসু, দিল্লিবু, পৃথিবীদা লৈবা খ্বাইদগী চাওববা সহবশিংগী মনুংদা অমনি হায়না হায়বম্মী।

দিল্লি-সুলতানগী লম খা পাংনা শন্দোবকলমই। চোলা লৈবাক্লা ময়েং তাথবকখি; মসিগী মহুন্তা অনৌবা ঈশিং লমগী অকনবা শক্তি অমা ফাওগৎলকখি। মসি পানদ্য লৈবাক্লি মদুবানা মখোয়গী কোনুংনি, নোংপোক সমুদ্র মপান্দা লৈবা ফায়েননা মখোয়গী বন্দব ওইবমই। অপীকপা লৈবাক্লি অদুবু লল্লোন-ইতিকীদি ময়াই থোকপা মফমনি। ১২৮৮ অমসুং ১২৯৩ দা চীনাদগী হল্লকপদা মার্কো পোলোনা বন্দব অসি অনিনক য়েংখি; আবব অমসুং চীনাগী জহাজনা থন্না কৈপা অচৌবা মবুক তপ্পা সহব অমনি হায়না মহাকনা হাযখি। ভাবতকী নোংপোক সমুদ্র মপান্দা শাবা, মিবাংগী লংলাগুম কুপ্পা মুগানা শাবা য়াম্না পাপ্রবা মর্সলিনবুসু মহাক্লা পনখি। তাবদা নুংঙাইপ্রবা অচুম্বা কয়াবুসু মার্কো পোলোনা ঐখোযদা হায়। আবব অমসুং পার্শিয়াদগী সমুদ্রগী লম্বীদা, ৱাংলবা চাওববা শগোল য়াম্না ভাবত্তা পুরকখি। খা ভাবতকী হরা পানিদি শগোল য়োক থাকপদা কয়া চান্নবমদে; অদুন্নদি ওইবগা অতৈ মওংদা শীজিন্নবগী মথক্তা শগোলদি লাম্নীগী থবক্তা চংদবা যাদনা কান্নবম্মী। খ্রীষ্টদগী ফবা শগোল য়োকফমদি মধ্য অমসুং নোংচুপ এশিয়ানি; লান্দা, মধ্য এশিযাদ লৈবা জাত্তিনা খ্বাইগী অংথাযবা ওইবিবা অসিমক মসিনা শেংনা তাকলবনি। চেঙ্গীজ খাঁনগা লোয়নবা মোগলশিংদি হৈ-শিংলবা শগোল মী ওাক্লি; মখোযনা শগোলগী থবক্তা মপুক্লুং চংলম্মী। টর্কশিংদি শগোল তোংবা হৈবা ওাক্লি; শগোলবু আববাশংনা নুংশিনা তৌবসি খ্বাইনা খংনববনি। অরাং অমসুং নোংচুপ ভাবত্তা মকওইনা কাঠিএৱাবদা অফবা শগোল যোকফম লৈ বাজপুট-লুচিংবা, শগোল তোংদুনা লাঞ্জংবা অমদ দিল্লি সুলতান্না থাগৎপা অমসুং হংলুবগী মবমদা হায়নবা ৱাবী লৈ। তেবা লুচিংবনা লোডি নিংথৌদা খুমখি ঃ "বাজপুট অমদা নহাক্লা হংবা য়াদবা মবম অহুম লৈ, (মদুদি) মাগী শগোল, মহাক্কী নিপী অমসুং মহাক্লা পায়বা থাংশাং", মসি হায়বমলগা শগোল কন্না থৌদুনা মহাক্লা চৎখি। মমৈদা খুদোংথিবা থোকখি।

খৃঃ চা তবামবি লোয়শিল্লকপদা টিমুব কৌবা টর্ক নত্রগা টর্কো-মোগলনা অৱাংদগী লাক্কুনা দিল্লি সুলতানবু মমু খুদেকখি। খা খবতমক মহাক ভাবত্তা লৈবমই, মহাক্লা দিল্লিদা লাক্লম্মী অদুগা তন্না হনখি। মহাক্লা লাকপা লমশাং পুম্বা লৈকংলা ওইহনখি; মহাক্লা হাৎপা মীগী অশিবা মকোক্লা শাবা লৈপুং পিরামিৎনা লৈকংলাবু লৈতেংলম্মী; দিল্লি অশিবগী

সহর ওইহনখি। লাইবক ফবনা মহাক্না থাপ্না চংশিল্লমদে পঞ্জাব অমসুং দিল্লিগী অয়াম্বা শরুক্তি অকীবগী মশক ওইরবা অৱাবা ইপাক্তা তাখি।

শিদুনা য়াতাখিবসিদগী দিল্লিনা হৌগংলকপদা চহি কয়ামরুম চংখি; হৌগংলক্লবা ফাওবদা, মতম শাংনা অচৌবা সম্রাজ অমগী কোনুং ওইবা গুমখিদে। টিমুরনা লাকপদা চাওরবা সম্রাজ অদু থুগায়খি; সম্রাজ অদুদগী খা-ভারত্তা অপীকপা নিংতম্বা ষ্টেট কয়ামরুম থোরকখি। মসিগী মমাং কুইরবদা খৃঃ চা তরামরি হৌরকপদা অচৌবা ষ্টেট অনি ফাওগংলকখি; -"বাহমনি লৈঙাক কৌনরীবা, গুলবর্গা অমসুং হিন্দু লৈবাক, বিজয়ানগর। হৌজিক গুলবর্গা ষ্টেট মঙা থোক্লা কায়খ্রে; মদুগী মনুংদা অহম্মদনগরসু অমনি। ১৪০০ দা অহম্মদনগর লিংখৎলম্বা অহম্মদ নিজাম সাহ, বাহমনি নিংথৌশিংগী মন্ত্রী নিজাম-উল-মুল্ক ভাইরিগী মচানিপানি। নিজাম-উল-মুল্ক, ভাইরু (মসিদগী মাগী মমিং ভাইরি থোনখিবা) কৌবা বাহমনি একাওন্টেন্ট অমগী মচানিপানি। মরমসিনা অহম্মদনগরগী শাগেদি লৈবাক অলি-ই-ঙাক্লি; অহম্মদ নগরগী থৌনাফবী চান্দবিবিনা মুসমান্নি। খা-ভারত্তা লৈবা মুসলমান পুম্বা ভারতকী ই ঙাক্লি অমসুং ভারতবাসি ওনখ্রবঙাক্লি।

টিমুরনা দিল্লি লুট তৌখ্রবা তুংদা অৱাং ভারত অসি শোম্বরুক্লমই, লোয়ননা মচেৎ কয়ামরুম থোক্লা কায়রমই। খা ভাবতনা ফগৎলমই; খা ভারতকী লৈবাকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবা অমদি খ্বাইদগী খুৎকন পাঙ্গলবা লৈবাক্তি বিজয়ানগরনি। ষ্টেট অসিনা অমদি মসিগী সহবনা অৱাং ভারতকী হিন্দু মীচেন কয়া অমবু চিংশিল্লমই। মতম অদুমক্তদা ইবা লাইরিক্তা উবা ফংই মদুদি সহব অসি ইনাক খুল্লমই অমসুং ফজরমই। মধ্য এশিয়াদা লৈবা আব্দুল রজাকনা হায় "পৃথিবী পুম্বগী মনুংদা মফম অসিগা মান্নবা মিংনা উবা না-না তাবা সহর অমতা লৈবমদে"। কৈথেন কয়াগীদমক ফজরবা খিলোম্না লৈতেংবা য়েংবদা পুক্লিং হুরবা থাক থাক নায়রবা দলান কয়া লৈরমই; মদুগী মথক্তা অতিয়াদা খিনগক্তনা শাবা নিংখিজরবা ফুবা দলাননা নিংথৌগী লৈফম কোনুং ওইরমই; অশেম্বা নুংনা অমদি লংলবা চাং মান্নবা নুংনা ফীবান চল্লবা ঈশিং খোং ফাওনা তুরেন মচা, ঈশিং খোং মচা কয়ানা থেক্লা খোয়না কোনুংবু 'কোয়শিন্না চেল্লি।" সহব অপূন্বা লৈকোনতনা হান্না লৈতেংই মসিগী মতাংদা ১৪২০ দা ইটালিগী লমকোইবা নিকোলো কোনটিনা ইবমই সহবগী অকোয়বসি মাইল হুম্ফুনি। মতুংদা অতোপ্পা লমকোইবা পাইজ কৌবা পোর্টগীজ অমনা অনৌবা যুগকী ওইবা ইটালিদা লৈবা সহব ময়াম য়েংলুরবা তুংদা, ১৫২২ দা ভারত্তা লাক্লমই। মহাক্না হায়, "বিজয়ানগর সহর অসি রোমগুম্না চাওই, য়েংবদা য়াম্না ফজে; মশীংলাকগুমদ্রবা পাৎ, ঈশিংখোং অমদি উহৈনা থল্লবা হৈকোন-লৈকোন্না সহর অসিবু য়েংবদা পুক্লিং হুহল্লি, অঙকপা পোকহল্লি। পৃথিবীগী মনুংদা নিংথিনা শেম শাগৎলবা সহর অমনি; সহর অসিদা অৱাৎ অপা কবিমতা লৈতে। কোনুং মনুংদা লৈরিবা কাশিং অসি শামুময়াতনা লৈতেংই; মথক থংবা শরুক্না অতরগুলাপ অমসুং থম্বাল হুকলবা শামুময়ানা লৈতেংই – য়েংউ-য়েংউবদা অসুক্কী মতিক, অৱাৎপা লৈতে, নিংথিজে, ফজে, মদুদি অসিগুম্বা অমা করিগুম্বা মফমদা ফংবদা য়ানা থোক্কনি।" কৃষ্ণ দেবা রায় নিংথৌগী মরমদা পাইজনা হায়, "মহাকপু মীনা খ্বাইদগী কীনা চংলি, মতিক মগুণ লৈবদা মপুং ফারবা নিংথৌনি; য়াঙাং য়াতা তাবদা নুংঙাইবা পোকই, মশামক ইনুংত নুংঙাইনা লৈবা নিংথৌনি; মীবেবাক্কী মীবু ইকাই খুম্নদা ওক্কনবা নিপানি; মখোয়বু থৌজাল হৈবগা লোয়ননা ওকই, মখোয়গী অবস্থানা ওইনিংবা মওং ওইরবসু মখোয়গী থবক-ইংথাংগী মরমদা মহাক্না হংই।"

খা-ভারত্তা বিজয়ানগরনা মতম 'মা ফনা চাওখৎলকলবদা পীকল্লবা দিল্লি সুলতান্না অনৌবা য়েক্লবা অমা মাইয়োক্লবা তাখি। অৱাং থংবা চীংজাওরোমদগী অতোপ্পা লান্দাবা অমা কুমথরকখি; দিল্লিদগী লাপ্তনা লৈবা ফাওরবা পালিপট লানফমদা লাম্বেংনখি; ভারতকী মরাইবক মফমদুদা চাং য়েংনখি। মহাক্না (অতোপ্পা লান্দারকপা অদুনা) ১৫২৬ তা দিল্লি-সিংহাসন লৌখি। মসি (নিপা অসি) মধ্য এশিয়াদা লৈবা টিমুরদি শাগেম্বী নিংথৌমচা, টুর্কো-মোগল, বাবরনি। মাগী মতমদগী হৌদুনা ভারত্তা মোগল সম্রাজ মউ লিংখি।

দিল্লি-সুলতান্না মপাঙ্গল শোনমনখিবত নত্তনা, মতম অদুদা ভারত্তা শীজিন্নখ্রিবা অনৌবা ফরবা মখলগী নোংমৈ তোপ য়াওরকপনা বাবরনা মমাই পাককখিবা ওইবা য়াই। মতম'সিদগী হৌদুনা লানগী চাওখৎলবা বিজ্ঞান্দা ভারতনা মৈনিং

খোম্বগুম তৌরকলি। বিজ্ঞান অসিদা ইউরোপনা খুমাং কয়া চাওশিনখ্রবা মতম ফাওবদা এশিয়া অপুম্বদি হান্না লৈরম্বা ফীবমদা হেঙ্গত্তুনা লৈরমই হায়বদা থোয়না লানবা ওইবোই। চহি ২০০ চুপ্পা মোগল সম্রাজনা ভারত্তা কুৎকন পাঙ্গলনা পাল্লমলবসু খৃঃ চা তরাত্তরেৎ শুবদগী হৌনা থোং মান্নবা মওংদা মথোয়না ইউরোপকী লাম্নীগা লাম্না পাবা ওন্নমদে। অদুগা ঈশিং লম্বীবু খুদুম চনশিনবা ওমদ্রিবমখৈ ইউরোপ্পা ঈশিং লম্বীগী শক্তি পায়বা হেনগৎলকপনা অচৌবা অহোংবসি থোকখিবনি। খৃঃ চা তরাহুমদোই শুবদা খা মাইকৈদা চোলা লৈবাক্না মরাই চায়থম্নকপগা লোয়ননা ভারতকী লৈজরম্বা সমুদ্র লম্বীগী মপাঙ্গল অদুসু ময়েং তাথখি। সমুদ্রগী ঈশিং লমগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈরবসু পীক্রবা পান্দ্য ষ্টেটতি মতিক চানা কল্লমদে। অদুম ওইনমক ভাবতকী লোইলমবু আববশিংনা থাদোকপদগী খৃঃ চা তরামগুা শুদ্রিবা ফাওবা ভারত-লোইলম্না ভারত মহাসাগরগী খুজ্জিং পায়বমই; আববশিংনা থাদোকলমলবা তুংদা পর্তুগীজনা থুনা আরবকী মহৎ শিল্লমই।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## মঙাশুবা তাংকক

# য়ানশিন্নরবা কলচরনা চাওথংলকপা অমদি পুনশিন্নবা

# পর্দা, কবীর, গুরু নানক, অমীর খুস্রু

বৃটিশনা ভাবত্তা লাকপবু খৃষ্টায়া লান্দাবকপনি নত্রগা ভারত্তা পানবা বৃটিশকী মতমবু খৃষ্টানগী মতমনি হায়বদা লানবগুম্না মুসলমান্না ভাবত্তা লান্দাবকপা নত্রগা ভাবত্তা মুশলমানগী মতম হায়না ব্রাবী শানবদি অবানবনি, শেবান্নরনা লমজিংবনি। ইসলামনা ভাবত্তা লান্দাবকখিদে; অদুগা লাকপদি চহি চা কয়াগী মমাংদা ভাবত্তা লাকখি। টর্কীনা (মহম্মুদনা) লান্দাবকখি; অফগান অমনসু লান্দাবকখি, মদুগী মতুংদা টর্কো-মোগল হায়বদি মোগলনা লান্দাবকখি; মসিগী মনুংদা অকোনবগী অনিসিদি য়ান্না মকওইবনি। আফগানশিংবুদি ভারতকী লমখৈ সীমানাদা লৈবা কাংবুনি হায়না লৌবা য়াই, মখোয়দি ভাবত্তা লমলানবা কাংবু ওইনা লৌবদা লৌমনবা হায়মনবা থোক্কনি; মখোয়না শাসনগী খুর্জি পায়বা মতম্বু ইন্দু আফগানগী মতমনি হায়বা অদু ময়াই। মোগলশিংদি ভারতকী ব্রাংমদা লৈবা মশক খংনদবা মীতোপনি; অদুমকপু য়াম্না থুনা মখোয়না ভাবত মচাশিংগা তোংশিন্নদুনা ভাবতকী মী ওইখি; অদুনা মখোয়না পানবা মতম্বু ইন্দু-মোগলগী মতম কৌবা য়াই।

অখন্ননা পান্বদগী নত্রগা ফীবম অবস্থানা য়াদবদগী নত্রগা মরম অনিসিদগী আফগান নিংথৌশিং লোযননা মখোয়গা লাকমিন্নবশিং পুম্বা ভাবত্তা তিনখি। মখোয়গী শাগে পুম্বা মপুংফানা ভাবতকী মী ওইখি; ভাবত্তা চেংনা মবা তাখি; ভাবতপু মখোয়গী পোক্লফম লমদম ওইনা লৌখি; পৃথিবীগী অতোপ্পা লমদমবু মীরৈবাক্ ওইনা মখোয়না লৌখি। বাজনিতিগী লানফমদা তোযনা খংন-চৈাববসু মখোয়বু অসুম্না অমতা ওইনা লৌনখি; অয়াম্বনা অমদি বাজপুট নিংথৌমচাশিং ফাওববু মখোয়গী মকোক থোংবা নিংথৌমর্কনি হাযনা লৌনখি। অদুম্নদি ওইবগা মখোয়গী মখা পোল্লু হাযবা য়াদবা বাজপুট লুচিংবা কযা'মসু লৈবমই, মখোয়গদি অকীবা ফংনা লাম্বেংনবমই। খাইনা খংনববা দিল্লি-সুলতানশিংগী মবত্তা ফিবোজ সাহ মাগী মমা হিন্দুনি; গীয়াস উদ দিন টগলকসু অদুমঙাই। অফগান টর্কশিংনা হিন্দু অচৌ অশাং ইমুংগা অসুম্না চাবোন মৌবোন্নবসি পংতোই তোইর্বদি নম্ভে অদুবু থোকপদি মথোকই। খা ভাবত্তা, গুলবর্গগী মুসলমান নিংথৌগা বিজয়ানগবগী হিন্দু নিংথৌমচানিপীগা চাওনা শিল্লাংদুনা পুহোংমন্নখি।

মধ্য অমসুং নোংচুপ এশিয়াদা লৈবা মুসলমান লৈবাকশিংদা ভারতকী চাওববা মিংচৎ লৈবম্বগুম উই। খৃঃ চা তবামাথোই তৌগৎলকপদা হায়বদি আফগায়া লান্দাবক্লিঙৈ মমাংদা ইদ্রিসি কৌবা মুসলমান জিওগ্রাফব অমনা ইবমই, "ভাবত্তা লৈবা মীশিং অসি পোকপদগী হৌনা অচুম্বা য়াম্না পামই; মখোয়না তৌবা থবত্তা মদুদগী (অচুমবদগী) কদৌঙৈদা মমাই লৈদে। মখোয়গী মবা চেংনা থাজবা, মবুক শেংবা, মখোয়না তৌবা থবত্তা থাজনা তৌবা অসিগীদমক মমিং চংলি; মখোয়গী মগুণশিং অসিগীদমক মখোয় অসি অসুক্কী মতিক মমিং চংলি মদুদি মাইকৈ মবীদগী মখোয়গী লৈবাক্তা মী হাজিল্লকখি।*

মতিকচাবা শাসন পথাপ লাকখি। চথোক চৎশিন মরুওইনা লাম্নীশিংগীদমক্তদি চাওখৎলকখি। লম লমগী চৎনবীদা খুৎ থিংজিন্দনবা চেকশিন্না হোৎনরমই শাসন পথাপ নিংথিনা পুনশিল্লমই। (মোগলনা পানবা মতমদা মরক থৎলম্বা) শের শাহ, অফগান নিংথৌশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না তৌবা ওস্বা নিপানি। থাজনা লৌবগী নিয়ম মহাক্না হৌদোক্লমই; নিয়ম অদু মখা তানা আকবরনা কায়নথংদা শন্দোকখি। আকবরগী অফাওবা রিভিনিউ (লৌরুংশং) মন্ত্রী, রাজ্য তোদরমল ইহান হানবদা শের সাহগী থবক তৌরমই। হিন্দু হৈ-শিংবশিংবু লেপ্পা লৈতনা আফগান নিংথৌশিংনা শীজিন্নরমই।

আফগান্না ভারত্তা লান্দারকপনা হিন্দু ধর্ম্মবু অনি থোকহল্লমই; অমগা অমগা অনিগী খেৎনবা হেনগৎহনখি। য়াম্না থুনা লাকপা ফলদি আফগানগী শাসন মখাদা লৈবা লমশিংদগী মী অয়াম্বা খা পাংনা ওন্না চৎনখি। লৈহৌবশিংনা মখোয়গী ধর্ম্মবু কনশিনহনখি, তোপ-তোপ্পা ঙাকশেনখি, মখোয়না মখোয়গী ময়ুমদগী মপান থোকখিদে; জাত্তি কাংলুপ খায়ববু খোয়না কনশিনহন্দুনা মপানগী ইথিন অমদি চৎনরোলদগী মশাবু কনজনবা হোৎনরমই। অমরোমদা, মীরৈবাক্কী খাখল অমসুং যুম্বান কৈবানগী নিয়মবু খাখল করিমতা খন্দনা লৌশিনগদবগী খজিক খজিক চংশিল্লমই। অপুনবসিবু অসুম্না থুগায়বা য়াই ঃ ফুরা দলান শাবগী হৈ-শিংবা হেঙ্গৎলকপা, ফীজেৎ-চাকচা হোংলকপা; পুন্সিগী খোংচত্তা অকায়বা লাকলমই ইরম কয়াদা অহোংবা পুরকখি। তোঙানবা কয়ানা পুনশিনখিবা শরুক অসি মরুওইনা ঈশৈনা শেংনা তাকলি; ভারতকী লিরবা ঈশৈ মওংবু তোঙান তোঙানবা মওংদা চাওখৎহনখি। পার্শিয়া লোন্না অফিস অমসুং কোর্টকী লোন ওইনা শীজিন্নখি; মীয়াম্না ঙাংনবা লোন্দা পার্শিয়াগী খাহৈ কয়া'মা থেৎচিন্নখি। অসুম তৌদুনা ওল্লকলবা লোন্দু মতম'দুদা হেন্না চাওখৎলকখি।

লাইবক থীরবা মওংদা চাওখৎলকইবশিংসিগী মনুংদা পর্দা হায়বদি নিপীবু মী উদনা তোপ্পা থম্বগী চাওখৎলকপসু য়াওরি। মসি করিগী অসুম্না তৌখিবনো হায়বসি অশেংবা খংদে; অদুম্নদি ওইরগা অরিবা শরুক্তা অনৌবা মচাক খরা য়ানশিল্লকপসিদা মসি থোকখিরম্বা য়াই। অতৈ মীরৈবাক্তা মকওইনা থায়নদগী গ্রীক্তা তৌবগুম্না, মহৌশানা ভাবত্তা অচৌ অশাং কোল্লুপ্তা নিপীগা নিপাগা তোপ্পা তোপ্পা লৈনরমই। অসুম্না তোপ্পা লৈনবসি মহৌশা ইরান্দসু তৌনরমই অদুগা নোংচুপ এশিয়াগী মফম কয়াদসু চৎনরমই। অদুগা নিপীবু য়াম্না কয়া তোপ্পা হেক থম্বা অদুমক্তি করিগুম্বা মফমদা তৌনরমদে। চাওরাক্না মসি বীজেন্টিনা কোর্টতগী হৌদোকখিবা ওইনা তৌই; মফম অদুদা নিপীশিংগী লৈফমবু ঙাকশেন্নবা নপুংশোকশিংবু নেকলমই (থবক হাপলমই)। বীজেন্টিনাগী চৎনবীসি বশিয়া য়ৌরকখি; মফম অদুদা পিটর ডি গ্রেটনা পানবা মতম অদু ফাওবা নিপীশিংবু নিংথিনা তোঙাম্না থম্নরমই। টারটারশিংদদি মদু করিসু ওইরমদে মখোয়না নিপী কাংবুবু তোপ্পা থমলমদে হায়বসি নিংথিনা খংনরবনি। আরব-পার্শিয়াগী অপুনবা সভ্যতাবু বীজেন্টিনাগী চৎনবী নিয়ম্না হিরম কয়াদা খুদুম চল্লমই; অচৌ অশাং কাংলুপকী নিপীশিংবু তোপ্পা মী উহন্দনা থম্বসি খর মখৈ হেনগৎলমই। অদুবু অদুম ওইনমক আরবত্তা অমদি নোংচুপ-মধ্য এশিয়াগী মফম কয়াদা নিপীসিংবু কা-হেন্না চেকশিন্না তোপ্পা থম্নমক্তি তৌরমদে। দিল্লি লৌববা তুংদা অম্রাং ভাবত্তা চগুংননা খুন্দাবা আফগানশিংগীদি চেকশিন্না পর্দা শীজিন্নরমদে। টর্কি, আফগানগী নিংথৌমচানিপীশিং অমদি কোর্টকী অচৌ অশাং নিপীশিংদি শগোল তোংদুনা তত্তনা শাতা৲বা লময়েংবা চৎনরমই। মক্কাদা হজ তীর্থ চৎপদা নিপীশিংনা মখোয়গী মমাই খুমজিল্লোইদবনি হায়বসি হৌজিকফাওবা চৎনরিবা লিরবা ইসলামগী চৎনবীনি। মোগলনা পানবা মতমদা ভারত্তা পর্দা শীজিন্নবা কন্না চৎনরমই; মতম অদুদা পর্দা শীজিন্নবনা হিন্দু অমসুং মুশলমানগী ইজ্জৎ অমসুং অচৌ-অশাংগী খ্বাইনা খংনবা খুদম ওইরম্মী। মুশলমান্‌ খুদুমচনবা লমদা থাক হায়গৎনা লৈবা কাংলুপকী মনুংদা নিপীবু তোঙান্না থম্বগী চৎনবীসি মরুওইনা ঙাক্না চৎলম্মী; মদুদি – দিল্লিগী মনুং চনবা ময়াই থংবা অমসুং নোংপোক থংবা শরুক, উত্তরপ্রদেশ, রাজপুটনা, বিহার অমসুং বেঙ্গল। অদুম্নদি ওইরগা মীশিং অয়াম্বনা মুসলমান ওইবা অম্রাং ওমখৈগী লম অমসুং পঞ্জাবতা য়াম্না চেকশিন্না পর্দা শীজিন্নবা অসিসু অণ্ডকপা অমনি। খা অমসুং নোংচুপ ভারত্তা, মুসলমান লৈবা লম খরদ নত্তনা নিপীবু তোঙাম্না থম্বসি চৎনরমদে।

চৎলিবা চহি চা খরা অসিদা, ভারতনা মরাই চায়থরকপগী হৌরকফম মরম কয়াগী মনুংদা পর্দ্দা নত্রগা নিপীবু তোঙওান্না থম্বনা মরুওইবা মরম অমনি হায়বদা ঐহাক করিমতা চিংনদে। ভারতনা সমাজগী চাওখৎ খোংথাং থাংবা ওম্লবা লাকনদ্রিঙৈদা তমথীরবা চৎনবী অসি মপুংফানা লোয়শিনবনা মরুওইবা তৌদবা য়াদবনি হায়বা ঐহাক্না থাজে। পর্দ্দাগী চৎনবীনা নিপীশিংবু মশা ফৎহন্দে হায়বদি চপচানা চুল্লবনি; তৌইগুম্বসুং মসিনা নিপাশিংগীসু মশা ফৎহন্দে, অদুগা পর্দ্দা মনুংদা নিপীশিংগী মরক্তা, অয়াম্বা মতম লেনবা তাবা, হৌগৎলকইবা অঙাংগী মশাসু ফৎহন্দে লোয়ননা সমাজদসু চপ মান্ননা ফত্তবা ওইহল্লি। অদুবু লাইবক ফবা অমনা, ফত্রবা চৎনবী অসি হিন্দুশিংগী মরক্তগী থুনা মাংনরকলি অদুগা মুশলমানশিংগী মরক্তগীসু তপ্পা তপ্পা থাদোক্লরকলি। পর্দ্দাগী নিয়ম্বু থাদোকহনবা খ্বাইদগী চাওবা, কন্বা উপায়দি কঙ্গ্রেসকী রাজনিতি অমসুং সমাজগী খোংচৎনি; মসিনা ময়াই ওইবা য়ুম্বালগী নিপী জিশিং লিশিংবু তোঙওানবা মখল কয়াগী সমাজগী ওইবা অকনবা থবক পায়খৎপদা চিংশিল্লি। গান্ধীজি মশামক পর্দ্দাগী তমথীনা মাইরোং য়াবা নিপা অমা মতম পুম্বদা ওইখি; মসিবু মহাক্না পাপকী মশক ওইরবা শা-ঙাগী চৎনরোম্নি হায়রমই; মসিনা নিপীশিংবু তোম্বনা অমদি নমথদুনা থম্মই হায়নসু মহাক্না হায়খি। "তমথিরবা চৎনবী অসিবু চেৎনা কোনশিন্দুনা ভারতকী নিপীশিংগী মফমদা নিপাশিংনা তৌবীরিবসে অরানবনি হায়না ঐহাক্না নিংই; চৎনবী অসিনা অহানবা হৌরকপদা মখল কয়াগী কান্নবা ফংলম্লবসু মসি হৌজিক্তি করিমতা কান্নদ্রে; মসিনা মশীং লাকওমদ্রবা অমাংবা, লৈবাকসিদা থোকহল্লে।" নিপা অমগুম্না (নিপা অমগা মান্ননা) নিপী খুদিংমক্কী নিংতম্বা, মশাবু মপুংফাববা নিপী অমা ওইহনবগী খুদোংচাবা পুম্নমক লৈগদবনি হায়না গান্ধিজীনা কয়া হায়রমই। "নিপা-নিপী অনিগী মরক্তা লৈনরীবা মরী অসি ফজবা লমচৎ-শাজৎ অমদি ৱাখলগী ওইগদবনি। অনিসিগী মরক্তা অচৌবা পল (চৈখল) থমওইদবনি। মখোয় মশা মশাগী লৈনরিবা লমচৎ শাজৎ অদু প্রকৃতিগী ওইবা মশা মশানা য়ানজবা ওইগদবনি।" নিপীশিংনা নিপাগা চপ মান্নগদবনি অমদি চপ মান্ননা নিংতমগদবনি হায়না মথৱাইমক য়াওনা গান্ধিজীনা তশেংনা ইরমই - অমসুং হায়রই; নিপীশিংবু য়ুমগী মিনাই ওইনা থম্ববু মহাক্না য়ারমদে।

ঐহাক লমলাল্লুরে, হৌজিক মতমগী ৱাফমদা খংহৌদনা চোংশিল্লুরে; দিল্লিদা আফগানশিংনা পাল্লবা মতুং, অরি-অনৌ অনিগী মরক্তা মশানা পুনশিনজরক্লবা মতুংগী ময়াই চল্লকপা মতমগী ৱাফমদা ঐহাক অমুক হঞ্জিনবা তাই। মকওইনা অহোংবা লাকইবসি খ্বাইদগী মথক থোংবা কাংবুদতা হায়বদি অচৌ-অশাং, অঙম অথৌ ওইবশিংদতা লাকপনি, মসিনা মীয়াম প্রজাদা মরুওইনা লৱাই-থৱাইদা লৈবশিংদা করিমতা শোকলমদে। কোর্টকী পরিকরদগী হৌবনা অচৌবা সহর অমদি সহরগী লমদতা মসিনা শন্দোকচবনি। অৱাং ভারত্তা চৎলম্বা য়ানশিন্নবা কলচর চাওখৎহন্নবা, চহি চা কয়া চুপ্পা চখনবা অসিগুম্বা নিয়ম অসি হৌখিবনি। লিরবা আর্য্যগী কলচরগী তুংনফম, মতম অমদা ওইবম্বা হৌজিকসু ওইরিবা অদুগুম্বা দিল্লি অমসুং হৌজিক ঐখোয়না উত্তর প্রদেশ হায়না খংনরিবা মফম অসিদা হায়রিবা চৎনবী অসিগী তুংনফম ওইবমই। তৌইগুম্বসুং আর্য্য কলচরগী অসিগুম্বা চৎনবী অসি হিন্দু ধর্ম্মগী চেৎলবা লানবনগুম্না খা ভাবত তান্না চেনশিনখি।

টুমুরনা লান্দারকপনা মরম ওইদুনা সুলতান্না শোম্বরক্লবা মতুংদা জোনপুরদা (যুক্ত প্রদেশতা) অপীকপা মুসলমান ষ্টেট অমা ফাওগৎলক্লমই। খৃঃ চা তরামঙা চুপ্পা মফম অসি কলা অমসুং কলচরগী তুংনফম মযাই ওইখি ধর্ম্মবু থাজনা চৎনখি। খ্বাইনা পান্নবা চাওখৎলকইবা হিন্দি লোনবু থৌগৎলমই। হিন্দু অমসুং মুশলমান অনিগী ধর্ম্মগী তোঙান তোঙানবা থাজবদু পুনশিলহনবা য়ানবা হোৎনরমই। মতম অসিমক্তদা অৱাং ভারত্তা লাপ্পা লৈগ্রবা কশ্মীবদা মনিং তৌনা পানবা মুসলমান নিংথৌ জৈনুনাবদিননা লিরবা কলচর অমদি সংস্কৃত তম্ববু পুকনিং থৌগৎপগীদমক অমদি য়াবগীদমক মমিং চৎলমই।

ভারতবর্ষগী মফম পুম্বা শিনবা থুংনা অসুম্না নৌনা য়ানশিন্নবা হৌরকখি; নৌনা পোকপা ৱাখল অসিনা ভারত্তা লৈবা মীশিংগী ৱাখল নুংঙাইহনখিদে। অবিবগী মতাংদা, ভারতনা ভাব তাবোই তাদবোই অনৌবা ৱাখলদা চংশিনবা তাখি; মপান্দগী চংশিল্লকপা মচাক মখৈ পুনশিনহন্নবা লাক্লদুনা ভারত মশামক অনৌবা মওংগী তুংইন্না খরমখৈ হোংদোক্লবা লাক্লরমই। অসুম্না পুনশিল্লিবা শরুক অসি মখোয়না নিংঙাইদনা শন্দোকখি; কাংলুপ খায়ববু মখোয়না তত্তনা থৌশারমদে

য়ানিংলমদে। খৃঃ চহি চা তবামঙাদা খা ভাবত্তা বামানন্দ কৌবা হিন্দু অমা ফাওগৎলকলমই; মহাক্কী হেন্না মমিংচৎলবা শিষ্য, কবির কৌবা বেনাবসকী মুসলমান ফীশাবা অমসু ফাওগৎলকলমই। কবিবনা ইবা শৈবেং অমসুং ঈশৈ মতম অদুদা খাইনা পাম্লবমই, হৌজিকমকসু পাম্লবি। অৱাং মাইকৈদা শিখ ধর্ম্মবু হৌদোকলমই হায়না খবনা গুরু নানক ফাওবকখি। ধর্ম্ম শব্দোকইবশিং অসিগী তৌবা ঙম্বা শক্তিনা মশানা থাজবা ধর্ম্ম চৎচবা তোপ তোপ্পা কাংবু কয়াবু লায়না শুস্কৎখি; হায়রিবা কাংবু অসি, ধর্ম্ম শব্দোকপশিং অসিগী মখাদা, পাক্না শন্না মশীং য়ামখৎলকখি। হিন্দু ধর্ম্মনা অতৈ লমদা চৎপা ইসলাম ধর্ম্মগা খেৎনখি। ঈশ্বর অমতনি হায়বা ইসলাম ধর্ম্মগী তমথীববা ৱাখলনা হিন্দু ধর্ম্মবু চিংশিনখি; প্রকৃতিদা অমদি পোৎচৈ, থৱাই পানবা জীব খুদিংদা ঈশ্বর লৈ হায়বা হিন্দু ধর্ম্মগী অবেপ্পা খংদবা ৱাখলনা ভাবত্তা চৎলিবা ইসলাম ধর্ম্মদা মমি তাখি। ভাবত্তা লৈবা মুসলমান অয়াম্বা অবিবা চৎনবীনা নাওয়োম ওইনা য়োকখৎলবা মুসলমান ওনখিবা ঙাক্লি; মখোয়গী মবক্তা ভাবতকী মপান্দগী লাকপদি, চাংদম্নবদা মশীং খবতনি। নোংচুপ হাবমগী প্লেটোগী দর্শন শাস্ত্রগা নোংপোক লমগী দর্শন শাস্ত্রগা অনিগী অপুনবনা য়ুম্ফম ওইবা মুসলমানগী মিষ্টিসিজম অমসুং সফিজমসু থোবকখি।

পার্শিয়া লোন্না কোর্টকী লোন ওইনা চথরবসু মপানগী হায়বদি ভাবতকী ৱাংমদগী চংশিল্লকইবা শকক্লা ভাবত্তা লৈবম্বা শরুক্তা তিনশিনখ্রে হায়বসি লৈবাক অসিদা খ্বাইদগী ওইনা লোন্নবিবা লোন্না পুম্নমক্তগী হেন্না ময়েক শেংনা খংহল্লি। হান্না লৈবম্বা মুসলমানশিংনা হিন্দিদা ইবম্বা খাইনা খংনববা লাইৰিক য়াম্না লৈরি। লাইরিক ইবশিংগী মবক্তা খ্বাইদগী ফাওবদি আমিব খুশ্রু হায়বা আফগান অদুনি; মাগী ইমুং মনুংনা যুক্ত প্রদেশতা লৈরকপাসি মীরোন অনি অহুম শুরবনি; আফগান সুলতান কয়ানা পানবা মতমদা খৃঃ চা তবামবিশুবদা মহাক লৈবমই। পার্শিয়া লোন্না লাইৰিক ইবা মকোক থোংবা কবিগী থাক্তা মহাক কবি অমা ওইনা লৈবমই; মহাক্না সংস্কৃতপুসু খংলমই। মহাক অচৌবা ঈশৈ-শকপা অমনি, ভাবতকী ওইবা ঈশৈদা মহাক্না অনৌবা মশুং কয়া'মা পুথোক্লমই। খাইনা খংনববা তাব তিংদুনা খোংবা ভাবতকী খাইনা খংনববা যন্ত্র, সেতাব অসি মহাক্না পুথোকলম্বনি হায়নৈ। মকওইনা ভাবতপু থাগক্তুনা, লৈবাক অতৈদগী ভারতনা হেল্লি খংনা হেল্লবা, তোঙঙান তোঙঙানবা পোৎ কয়াবু মশক মমিং উক্তুনা তাক্লুনা বিষয় কয়াদা মহাক্না ইবমই। ইবমইবশিং অদুগী মনুংদা অয়াম্বনা—ধর্ম্ম, দর্শন, লোজিক, লোল, গ্রামাব (সংস্কৃত), ঈশৈ, মেথমেটিক্স, বিজ্ঞান অমসুং হৈনৌ (উহৈ) অসিনি।

যাম্না চম্না খ্বাইনা ঙাংনবিবা হিন্দি লোন্না ইবম্বা খাইনা পাম্লববা মাগী ঈশৈগীদমক, পুম্নমক্কী মথক্তা, মহাক্না ভাবতা ফাওবম্মী। মী কাংলুপ খবদনা খংগদবা লোনবু লাইৰিক ইনবা লোন ওইনা, মহাক্না শিংবদগী খনগৎলমদে, লৱাই থৱাইদা মহাক্না চৎপদি লোন খংনবগীদমক নত্তে মখোযগী চৎনবী অর্মদি য়ুম্বান কৈবানগী মওং খংনিংদুনা চৎপনি। তোঙঙান তোঙঙানবা ঋতুগী ঈশৈ মহাক্না শক্লমই, ভাবতকী লিববা ঈশৈগী নিয়ম কায়দনা ঋতু খুদিংগী ঈশৈ মহাক্না শক্লমই; ঈশৈ খুদিংমক চান্নবা অনেম অৱাং অমদি বাহৈগী ঙাক ওইনা তৌই, পুন্সিগী তোঙঙান তোঙঙানবা মতাংগী মপমদা হাযবদি, লুহোংলমদাইদা লুহোংগদবা কন্যানা থোবকপা, নুংশিনবা মশেন অমগা অমগা কায়নবা, অর্মদি নোংজু পাম্বাগী মতাংদা কংলবা লৈপাক থিঙ্গাইদুনা নোংজু অহানবদা পাম্বীনা নৌনা চোংখত্তুনা পাম্বীগী লৈজবা থৱাইবু লৈ হায়বা উৎপা — মতাংশিং অসিগী মবমদা মহাক্না ঈশৈ শকলমই। ঈশৈশিং অসি হৌজিক ফাওবা মফম পুম্বদা শক্লবি, অৱাংথংবা অমদি ময়াই থংবা ভাবত্তা লৈবা খুঙ্গং অমসুং সহবদা মকওইনা নোংজু পাম্বা হৌবকপদা ঈশৈশিং অসি শক্লবকপা তাগনি। খুন খুন খুদিংদা হৈনৌ নত্রগা ম্নাখোনাং পাম্বীগী অচৌবা মশাদা অচৌবা হবিবাম্দোং য়াম্বদুনা মদুগী অকোয়বদা পুঞ্জাগী নিপীমচা নিপামচাশিংনা কোয়শিন্দুনা উপলক্ষ অসিবু পাংথোক্লবি।

অঙাংমচাশিং অমদি হৌগৎলকইবা নহাবোলশিংনা পাম্লববা মশীং লাকঙমদ্রবা পাওখোং অর্মদি খুৎলং ঈশৈ খুৎলং-পাওখোংসু অমিব খুশ্রুনা ইবম্মী। মহাক্কী শাংলবা পুন্সিদা খুশ্রুনা ইবম্বা ঈশৈ কয়া পাওখোং কয়ানা নোংমগী হেনগৎলকলি। মীয়ামগী অপাম্বা থুংহন্দুনা মীয়ামগী থম্মোই শোক্না মশাগী লৈজবা বাহৈ ৱাতা অমতা হোংদোক্তনা শক্লবা চহি ৬০০ লোমগী মমাংদা ইবম্বা ঈশৈ কবিগুম্বা মফম অমদা লৈবমখিগদ্রা ঐহাক খংদে।

## তরুকশুবা পন্দুপ

### তরুকশুবা তাংকক

# ভারত-সমাজগী (শেমগৎলকপা) ফীবম
# কাংলুপ নায়বগী কান্নবা

ভারতকী মরমদা খরদং খংলবা মী খুদিংমক্লা, কাংলুপ খায়দোকপগী মরমদা তানরবা ঙাক্লি; ভারতকী ৱাংমদা লৈবা অমদি ভারত্তা লৈবা মী খুদিংমক্লা মসিবু য়ানিংদে লোয়ননা মসিবু অমতা ওইনা য়েংনিংলমই। মসিগী হৌরকফম মরমবু চিংনবা লৈতনা য়াবা মী কয়া অমা হৌজিকফাওবা লৈরবসু অদুগী হিন্দু অয়াম্বানা মখোয়গী মপুন্সি চুপ্পদা মসিবু পাম্না চংনরবসু মসিগী চাওখৎলকপা অমদি হৌজিকমক কাংলুপ কয়া থোক্লা খাইদোকলিবা অসিবু য়ানিংবা কনামতা ভারত্তা লৈতবগুম তৌই। কাংলুপ হায়বা ৱাহৈ অসি শীজিন্নবদা অর্থ শেংদবা খরা থোকলি; তোঙঙান তোঙঙানবা মীশিংনা মসি শীজিন্নবদা অর্থ তোঙঙান তোঙঙান্না পুনরি। মসি শেমগৎলকপদা খোংথাং অমদি ৱাখলবু য়ানিংবা ভারতবাসিশিং অমসুং ইউরোপকী মী অয়াম্বনা খায়দোকইবা কাংলুপ অসিবু য়াম্না চেকশিন্না খল্লি অদুগা মথক থোংবা কাংবুবু অরেপ্পা ওইনা মকোক ওইদুনতা লৈনবা, অতোনবা কাংবুনা খ্বাইগী মখা থংনা লৈনবা, কাংলুপ নায়না খায়দোক্নুনা কায়দনা থম্নবা নিয়ম্ চম্না খল্লি। আর্য্য লান্দারকপশিংনা মখোয়না মাইথিবা পীরবা মীশিংগী মথক থোংনা মখোয়গা তিন্নদনা তোঙঙান্না তোপ্পা লৈবা য়ানবা শেন্নম্বা নিয়ম ওইরম্বা য়াই হায়বসিদা অমদি মসিগী হৌরকফম অসিমক্তদা অচুম্বা খরদি মরৈ। অহানবা হৌরকপদা মসিগী মরমদা লৈথোক লৈশিন তৌবা য়াবা কয়া'মা লৈরমলবসু হেক হৌরকপমক্তদা অসুম্না অদুম চত্থরকলবনি হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে। অদুমকপু মদু খরা মখৈদি চুমই অদুগা ঙসি ফাওবদা চত্থরকইবা মরম, মসিগী শক্তি অমসুং কন্না লেংদনা লৈরকইবসিদি শন্দোক্লা তাকলমদ্রে। বুদ্ধ ধর্ম্মনা কন্না তকশিল্লকপা শক্তি, আফগান অমদি মোগলশিংনা চহি চা কয়া পাল্লম্লবা মতম, ইসলাম শন্দোক্লকপা, অদুদগী হেন্দুনা মসিবু য়ানিংদে হায়না খোঞ্জেল লাওনা লাওরম্বা মশীং লাকঙমদ্রবা হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোকপশিং পুম্নমকসিবু নমহত্নুনা মসি ঙসি ফাওবা চত্থরি। মসিবু থীনা কীহনবদি ঙসিদা মঙাইরি; মসিগী হৌবকফম অদুমকপু আক্রমন তৌবে। হিন্দু সমাজগী মনুংদা কাংলুপ খায়ববু শেমদোক্নবা কন্না তকশিনবনসু নত্তে অদুগা অসুম্না তকশিনবসি তৌই হায়বাদ চিংননিংঙাইদি লৈতে; নত্রগা নোংচুপলোমদগী পোকপা ৱাখলনসু নত্তে অদুগা নোংচুপলোমদগী হৌরকপা ৱাখলদি তশেংনা মশাগী মপাঙ্গল লৈজে। ঐখোয়না ইমিৎ মক্লা উবা অহোংবা লাকইবসি মরুওইনা, আর্থিক অবস্থাদা অহোংবা লাকপননি; মসিনা ভারত্তা লৈবা সমাজবু ৱাবনা থক থক নিকহল্লি; মপুংফানা মথক মখা ওষ্মোকই। পুন্সিগী ফীবম্না হোংলকপনা ৱাখলগী ইচেনসু অসুক্কী মতিক হোংই খংনা হোংগ্রে মদুদি কাংলুপ খায়বনা খাংদুনা লৈবা ঙম্লক্তরে। মসিগী মহুৎ করিনা শিল্লগদগে হায়বা ঐহাক্লা হায়বা ঙম্বা নত্তে মরমদি শিল্লগদৌরিবসিনা কাংলুপ খায়বদগী হেন্না মফম-মবাং খংদনা লৈবি। ময়াম অমতা ওইনা পুনশিনবনা সমাজ শেমগৎ-শাগৎপগী য়ুম্ফমনি হায়না লৌবা থায়নগী হিন্দুশিংগী ৱাখলগা, অমত্তনা তৌবনা পাংবা হেল্লি হায়বা নোংচুপ লমদমগী ৱাখলগা, অনিমক অমগা অমগা তাযওন্নরবা সমাজ শেমগৎ শাগৎপগী মাইকৈদা চংশিন্নরকইবা ৱাখল অনি অসি অমগা অমগা কন্না মুক্লরমই।

মুক্লরিবসি ভারত্তদা নত্তে; নোংচুপ হারমদা অমদি পৃথিবী অপুম্বদা থোকইবনি; অদুনা মফমগী মতুংইন্না মুক্লরিবা অসিগী মওং তোঙান তোঙাল্লি। তরামাপলশুবা খৃষ্টাব্দদা, গনতন্ত্রগী নিওম মওং লৌদুনা অর্থনিতি অমসুং সমাজগী ক্ষেত্রদা

চথবকইবা ইউরোপকী সভ্যতানা অমতা ওইবগী খম থেংলবা শক্তম উংলি। অসুম্না তরামাপল শুবা খৃষ্টাব্দগী সমাজ অমসুং রাজনিতিগী সমস্যাগী ফীবমনা অসুম চথবকপনা কুনশুবা খৃষ্টাব্দ য়ৌনা চংশিল্লকলি; অদুবু হৌজিক্তি মসি মশানা মতমগা চানবক্নে, লান থোকলকপা অমসুং মনুংদা য়ানবক্তবদগী ময়ি শাংনা চংলকলি। হৌজিক্তি ময়ামগী ওইবা, ময়াম্না চপ মান্ননা দাম্মী পীবগী কান্নববু হেন্না কনশিন্না পান্নবকলি; অদুনা অমত্তগী ওইবা অমদি ময়ামগী ওইবা হায়বা দাবীশিং অসি মতম অমদা মরম চানা পুনশিনবা ৱাফম অমা থোবকলি। ৱাফম অসি পাংথোকপদা তোঙঙান তোঙঙানবা লৈবাক্তা তোঙঙান তোঙঙানবা মওং লৌনরকপা য়াবি অদুবু পুম্নমক্তা চানবা পুম্নমক্কী য়ুম্ফম ওইবা মওং পুথোক্লবগীদমক লোয়বা লৈতনা হেনগৎলকপা অপাম্বা অমদি শোয়দনা লৈবক্কনি।

কাংলুপ খায়বা হায়বসি মশা মতোমদা লেপচবা ৱমদে; মসি সমাজ শেমগৎ শাগৎনবা খন্নবা চাওববা স্কিম অমগী শকক অমনি অমদি মরুওইবা শককনি। মসিবু চন্না নিন্দা তৌবিবা অসি তৌহন্দবা, মসিবু হকথি থোক্না কনশিলহল্লিবসি খরমখে কোমথোকহনবদি য়াবা য়াই অদুন্নদি ওইবগা কাংলুপ খায়দোইবসিদি কায়দনা অদুম লৈহৌবা তাই। মদু মতৌ শুকমান মান্দে, মরমদি হৌজিকমক ওইবিবা সমাজ অমসুং অর্থনিতিগী খোংথাংগা মসি (কাংলুপ খায়বা) গী মকওইবা মচাক্না মবী শুকলৈ লৈনদে; মসিগী মকদা মখোযনা য়েংশিল্লি মসিবু থিংনবা অতোপ্পা উপায় অমা থীবি। তশেংবমক্তি মসিগী মকওইবা শকক্তি মাংখ্রবনি; য়াম্না থুনসু মাংশিল্লকলি অদুগা থোয়না হেনগৎনা কাংলুপ খায়বদি মতোমতা লেপ্পুনা লৈহৌবি। হায়রিবা কাংলুপ অসিবু ঐখোয়না পামইব্রা নত্রগা পামদ্রব্রা হায়না হংনরম্না অদুসু লেপপ্রে। ঐখোয়না পামই নত্রগা পামদে খন্ন-খন্ননা অহোংবা কয়াসু থোবকলি। ভাবত্তা লৈবা মীশিংনা শেমজরিবা সমাজগী শেমগৎ-শাগৎপনা, ময়াম অমত ওইনা পুনবা অমদি লেংবা য়াদবা হায়বসি শোয়বা য়াদবনা, অমতা ওইনা ভাবতবাসিশিংগী অশেংবা অমদি লমচৎ শাজৎকী মওং শেমগৎনবগী খুদোং চাবদু ঐখোয়না লৌবা তাই; খুদোংচাবসি মপুংফানা লৌবতাবনা, অহোংবা লাকইবসি তাহনর্নিংবা মওং তাহন্নবা অমদি মদু তাহন্নবা হায়নিংবা কয়া হায়নবা শক্তি অদু ঐখোয়গী খুত্তা লৈ।

কবিগুরুম্না সাব জর্জ্জ বার্ডউডনা হায়খি ঃ "হিন্দুশিংনা কাংলুপ কাংলুপ খায়বিবমখে (কাংলুপ খায়বগী নিয়ম ঙাকলিবমখে) ভাবতনা ভাবত ওইখিগনি; তৌইগুম্নসুং মসিদগী মখোয়না ইকাই-হেক-কায়বকপা নুমিত্তগী ভাবত অমুক হন্না লৈববোই। মমিং চৎলবা সুমদ্রবোমদা থিন্দোক্লনা লৈবিবা লমদম অসি (ভাবত অসি) এক্সো সেক্সন (সাহেবর্কী) সম্রাজগী খাববা (তমথীববা) নোংপোক পর্নখৈগী ফীবমদা চাং হন্থবকলগনি।" কাংলুপ খায়ববসু খায়দ্রবসু, মতম শাংনা বৃটিশ সম্রাজগী মনুংদা ফীবম অদুমক য়ৌনা হন্দুনা ঐখোয়না লৈবকলি; অদুবু কবিগুরুম্না মতমদা ঐখোয়গী ওইবক্কদবা ফীবম ওইনিংবা ওইজসনু; সম্রাজ অদুগী ঙমখে মনুংদতদি অফা-অপুন্নবা লৈবোইদবনি। ভাব অশোমদা খন্দুনা মহাক্না হায়বমদ্রবসু সাব জর্জ্জ বার্ডউডনা হায়বম্বদুদা অচুম্বা খবদি মযাওবি। চাওনা, মতম নুংশাংনা লৈবকলবা সমাজগী ফীভম্মু থুগায়বনা, সমাজগী পুন্সিদা মপুং ফানা অকায়বা অমা পুবকপা যাই, মতমগা চাননা, অমদি লৈবিবা সমাজগী মীশিংগী জ্ঞানগা চাননা অতোপ্পা মওংদা সমাজ শেমগৎ শাগৎপগী অহোংবা অমা পুবকহৌদ্রবদি, সমাজগী পুন্সিদা থোকহনবা য়াবা অকায়বনা মীয়াম অমত্ত ওইনা তিন্নহনবা যাহন্দবা য়াই, মীয়ামগী অন্নাবা দশা তানবা য়াই, মীপুম খুদিংগী লমচৎ শাজত্তা লৈবা হৌনবা চাংদগী কায়থবকপা শকক্না হেনগৎলকপা যাই। অমগা অমগা শিন্নবা মতমদা অকায়বা থোবকপা যাবদি শোয়দ্রবনি, পৃথিবী শিনবা থুংনা তায়নবসি ঙসি চপ চানা থোকলি। অন্না অনা তাবনা অসিগুম্নবা অকায়বসিগা লোয়নদুনা চৎকল্লি; মী অমনা চাওশিল্লকপগা লোয়ননা পুন্সিগী লেন্নবা পাওতাক মথং মথং খংজিল্লকই লোয়ননা অনৌবা অহোংবা ফীবমদা মশামক চুশিল্লকই।

অদুম অদুম ওইনমক, খল্লিবা ৱাখলনা ময়েক মশোন শেংদবদি য়াই, অদুগা তুংগী ৱাখল তৌদুনা ঐখোয়না শু-নোমদনদি হেন্না ফবা থবক্কীদমক ঐখোয়না আশা তৌবা ঙমদে; হেন্না ফবা থবক্কীদমক হান্না তৌবা থবকপু ঐখোয়না থুগায়বা চুমদে। ঐখোয়না অন্নাবা, নুংঙাইতবা, ফংলক্কদবা মওংদা ভেকম (নুংশিৎ চংদবা উতোং অহোবা) অমনা মশা

মতোমতনা মশাগী অহোবা শরুক ফুনজিনজরকপা তারবদি অদুগুম্না ভেকম অদু ঐখোয়না হেক্তা শানিংলোই। শেমগৎ শাগৎপগী নিয়ম কয়া ঐখোয়না শেম্বা তারবদি, মদুনা ওইরক্কদবা মওং মদু সাগৎপদা খল্লকপদা ব্রাখলগা মরী লৈননা, অমদি ঐখোয়না শাগৎকদৌরিবা অদুগী অকোয়বদা লৈরিবশিং অদুগা চাননা, ঐখোয়গী চংদবা য়াদ্রবা মী অমা ওইবগী মচাক মথুমগী মবমদা ঐখোয়না পুক্লিং চংবা তাই। মসি পুম্নবু থৌশাদ্রবা, ফীদম্লকম ওইগদৌরিবা স্কীমনি থন্দুনা ধক-মক তৌদুনা অরেম্বা তাহন্নবা নত্রগা মফম কয়াদা মী অতৈনা তৌরিবা অদুগী মতৌ তম্বরোমদা করিসু (নত্তবদা) ওইররোইদবদা খল্লবদি, মদু অপংবনি। মরম অসিনা, ঐখোয়গী লৈবাক্তা লৈরিবা মীশিংবু অশুক চেকশিন্না কন্না চংহল্লমলবা, থায়নগী ভারতকী ওইনা লৈজবা সমাজ শেমগৎ শাগৎপগী নিয়মবু চাং য়েংদুনা, ভাব হান্না তাহন্নিংই।

শেমগৎ শাগৎলমইবসিগী হৌরকফম মরম অহুম শুই ঃ "মনিংতম্বা খুনগী খুঞ্জা, শাগৈ (কাংলুপ) অমসুং মপা-মমা মচা মশু পুননা লৈমিন্নবা।" অহুমসিগী মনুংদা শিংথানরিবদি কাংলুপ শেম্ববুনি; মথংদা নায়তোমতাবনি। মসি পুম্নমকপু তোঙান তোঙান লৌববদি মসিগী মান্নবা (চাংদম্নবা য়াবা) করিমতা লৈতে; অহুম অসিগী মনুংদা অমগা মান্নবা শরুক অতে লৈবাক্তা থিবদা লায়না থোকই, মরুওইনা মধ্য যুগকী মতমদা। য়েহ্লৌঙেগী ভারত্তা লৈরম্বা গনতন্ত্রগুম অতে লমদসু য়েহ্লৌঙেদা গনতন্ত্র চৎনবমই। য়েহ্লৌঙেদা লৈবম্বা মীশিংগী মবক্তা মখল অমগী কমুনিজমসু লৈবমই। মওং অমরোমদা ভারতকী খুঙ্গংদা লৈবা খুঞ্জা অপুম্বগা থায়নগী বশিয়াগী মিবগা চাংতম্নবা য়াই। কাংলুপ খায়দোকপগী মকদি থবক খাযদোকপনি; মসি মধ্য যুগতা ইউরোপতা লৈবম্বা লল্লোনবা কাংবুগুম্বনি। হিন্দু মপা মচা মশু পুন্না চাকতিন্ননা লৈবম্বগা চীনাদা ইমুং মনুংগী মী পুম্না অমতা ওইনা লৈমিন্নরম্বগা য়াম্না মাম্নে। য়াম্না পাক্ল-শন্না চাংদম্নবগীদমকতদি ঐহাক চপ চানা খংদ্রে অমা ওইববসু.অমবু ওইরবসু ঐহাক্না চথরকইবসিগীদমক্তদি মসি অদুক হান্না কান্নবা নত্তে। পূম্নমক পুনশিন্না শম্পৎনা হায়রবদা, ভাবত্তা লৈরমইবা সমাজ শেমগৎ-সাগৎপগী ফীবেপ অসি তোপ-তোপ্পনি অদুগা মসিনা হেনগৎলকইবা অদুক চাওখৎপসু হেনগৎলক্কনি।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## তরেৎশুবা তাংকক

# খুঙ্গংগী মশাগী শাসন
# শুক্র নিতিসার

তরাশুবা খৃষ্টাব্দগী লিরবা লাইরিক অমা লৈরমই, টর্ক অমসুং আফগান্না লান্দারক্ত্রিঁঙে মমাংদা খন্নদুনা চৎনবন্নবা ভারতকী পোলিসিগী রাখলবু লাইরিক অদুনা ঐখোয়দা তাকলি। মদু শুক্রচার্য্যনা ইবা নিতিসার, রায়েন্লোনগী বিজ্ঞান্নি। লৈবাক রায়েনগী মরু শরুক শেমগৎপা, সহর অমসুং খুঙ্গংগী পুন্সি যাইফনবা, নিংথৌগী মখাদা লৈবা ষ্টেট কাউন্সিল শেম্বা, সরকারগী অফিসশিং শেম-শাগৎপগী মরমদা লাইরিক অসিনা কুপ্পা নৈনৈ। খুঙ্গংগী পঞ্চায়েৎকী হায়বদি অখন্নবা কাউন্সিলগী শক্তি য়ায়া লৈরমই লোয়ননা লৈবাক ঙাকপা অমসুং বিচার তৌবা ঙম্বা শক্তিসু লৈবমই; নিংথৌগী অঙম অথৌশিংনা পঞ্চায়েৎকী মেম্বরশিংবু ইকাই খুম্নবমই। পঞ্চায়েৎনা লম য়েন্থোকপগী থবক তৌরমই, অফংবা পোৎথোক্কী মথক্তা খাজনা লৌখৎলমই; খুঙ্গংনা থিফম থোকপা সরকারগী শকক পঞ্চায়েৎনা পীরমই। য়েংশিনবগী থবক তৌনবা, দরকার লৈরগা তৌবিবা থবক্তা খুৎ থিংজিন্নবা, খুঙ্গংগী কাউন্সিলগী মথক্তা হেন্না চাওবা পঞ্চায় লৈনরমই।

খুঞ্জাগী কাউন্সিলগী মেম্বরশিংবু করম্বা মওংদা খনবগে মেম্বর ওইবা য়াবা মগুণনা করিনো করম্বা দোষ লৈরবদি য়াদবগে হায়বদু মমাংঙৈদা ইদুনা থনম্বা অদুনা শন্দোক্লা ঐখোয়দা তাকলি। তোঙঙান তোঙঙানবা কমিটি চহি খুদিং শেমলমই খল্লমই; নিপিশিংসু কমিটি অদুদা য়াওবা য়ারমই। মরমচৎ চুমদ্রবতদা মেম্বর অদুবু লৌথোকপা য়ারমই। প্রজাগী শেন্থুমগী হিংসাব পুথোকপা ঙমদ্রবদি মেম্বর ওইবা য়ারমদে। মরমচাদনা, মীচং মীখায় নায়না মীচং শঙ্গ নায়বা থিংননবা ফজববা নিয়মসু পল্লমই; মেম্বর ওইরিবশিংগী নক্লবা মরীমতা প্রজাগী (সরকারগী) অফিসতা থবক হাপ্পরমদে।

মখোয়গী নিংতম্ববু খুঙ্গংগী কাউন্সিলনা য়ান্না মিহৌনরমই, অসুম্নসু ইরমই মদুদি, নিংথৌনা পীবা হুকুম (পার্মিসন) য়াওদ্রবদি, কনাগুম্বা সিফাই অমতনা খুন মনুংদা চংবা য়ারমদে। অফিসকী থবক তৌবা কনাগুম্বগী মথক্তা প্রজানা রাকৎলবদি নিতিসারনা অসুম্না হায় মদুদি "প্রজাগী মীচং চংবা নত্তনা নিংথৌনা অফিসকী থবক তৌবগী মীচং চংলোয়দবনি।" "অফিসতা থবক তৌবগী কলেজা লৈত্রবা অফিসারবু মীয়াম্না রাকৎলবদি থবক তোকহনবা তারম্মী। মীয়াম প্রজাগী অয়াম্বা শরুক্কী মরা (মত) মতুংইন্না নিংথৌনা থবক তৌবা তারমই।" "লংজা য়াম্না পুনশিন্দুনা মতিক চানা কন্না তাশিনবা থৌরীনা নোংশা অমবু চিংদুনা পুবগুম্না প্রজা মীয়ামগী অমতা ওইবা মতনা নিংথৌগীদগী হেন্না পাঙ্গল কল্লমই।" "অফিসকী থবক হাপ্পদা, থবক, লমচৎ অমদি জ্ঞানবু কুপ্পা খন্নরমই" – শাগৈ জাৎ অমদি ইমুং মনুংগী মরমদা করিমতা য়েংলমদে।" শাগৈ জাৎ অমদি অহল লমন য়েংদুনা মতিক মগুণ লৈতবা ব্রাহ্মনবু ব্রাহ্মনশিংদা চল্লহনবা য়ানরমদে।

হেন্না চাওবা সহরশিংদা খুৎসা-হৈবা, লল্লোনবা, লল্লোন ইতিকনা মথৌ ওইবা কাংবু, লল্লোনবগী এশোসিএসন কয়া'মা লৈরমই; বেঙ্কিং কোর্পোরেসনসু লিংখৎলমই। মখোয় খুদিংমক্লা মাগী মাগী ইমুং মনুংগী থবকসু য়েংশিল্লমই।

হায়রিবা অসি খর খরদা ওইনা চৎনরম্মী, মসিদগী অমদি অতৈ মরম কয়াদগী উবদি সহর অমদি খুঙ্গংশিংদা পাক্লা শন্না মশানা মশাগীদমক শাসন তৌবসি তৌনরমদে; অদুম্নদি ওইরগা পিফম থোকপা কব (খাজনা) কারিমখৈ সেন্ত্রেল

গভর্নমেন্টনা (কেন্দ্র সরকারনা) খুৎ থিংজিল্লমদে। চৎনবী নিয়ম য়ামনা কল্লমই; রাজনিতি অমদি, সিকাইনা চৎনবী নিয়মগী মখাদা লৈজবা প্রজা মীয়ামগী নিংতম্বদা পংনা খুৎ থিংজিন্দে। য়েন্থৌঙেদদি লৌউ-শিংউবগী থবক্তি মীয়াম্না পুম্না হায়বদি খুঙ্গংগী খুঞ্জাশিংনা অমতা ওইনা পুনশিনদুনা তৌরমই। অদুগা নায়তোম ওইনা নত্রগা ইমুং মনুংগী ওইনসু তৌবা য়াবা নিয়ম অমদি মখোয়না নত্রগা মখোয়গীদমক সরকারনা তৌবা য়াবা নিয়ম তৌফম থোকপা কয়াসু লৈরমই; অনিগী লৈনরিবা মরী অদু চৎনবী নিয়ম্না নিংথিনা ঙাক শেল্লমই।

কনাগুম্বা অমনা নিংথৌ ওইদবা য়াদে, লাইনা থা-রকপনি হায়বা ভারত্তা লৈরমদে। ভারতকী রায়েন নিয়মদা (কন্সটিট্যুসন্দা) নিংথৌনা রায়েল চুমলক্রবদি নত্রগা হিংচা য়াইতম্বগুম তমথিরকলবদি মাগী বিরুদ্ধদা লান হৌবা য়াবগী মতাং (ইরমই) য়াওরমই। চহি ২,০০০ গী মমাংদা চীনা ফিলোসোফর মেন্সিঅসনা হায়রম্বদু ভারত্তা পানশিনবা য়ারমই; "নিংথৌনা প্রজাবু নাপী-শিংবীগুম খল্লক্রবদি প্রজানা মহাকপু হুরানবা ঙাকু নত্রগা য়েক্রবা ওইনা লৌগনি।" নিংথৌদা লৈবা শক্তিগী রারম অসি ইউরোপতা চৎনরম্বা ফিউডেলিজমগা খেৎনরমই; ফিউডেলিজমগী মতুং ইন্নদি মহাক্কী লৈবাক্তা লৈরিবা প্রজা অমসুং পোৎ পুম্নমক নিংথৌগী মখুতা ঙম্না লৈরমই। শক্তি অসি, মহাক্না হায়বা ইনগনি মাগী মখাদা লৈগনি হায়না রাশকপা লোর্ডশিং অমসুং বেরোনশিংদা মহাক্না খায়দুনা শিন্নে। অসুম্না শক্তি অসি মচা মশুশিংনা মথং মথং মীরোন কয়া পায়নবা শেমই। মসিগা মরী লৈনবা লৈবাক অমসুং প্রজা পুম্বগী ফিউদেল লোর্ডনা মপু ওইরম্মী; অদুগা লোর্ডশিংগী থোংদা নিংথৌনা মপু ওইরম্মী। লৈবাক্না, লৈবাক অদুগী নিংথৌগা অনিগী লৈনবা মরীগী মরমদা রোমান্না খল্লম্বা রাখলগী চাওখৎলবা মওংনি মসি। অসুম তৌবসি ভারত্তদি শুরুকলৈ লৈরমদে। লৈবাক লৈবাক্তা লৈবা লমগী মখল কয়াগী খাজনা লৌখৎনবা নিংথৌগী শক্তি লৈরমই; অসিগুম্বা খাজনা লৌখৎনবা শক্তি অসি মী অতৈদা মহাক্না (নিংথৌনা) শিন্নবা মখৈতদি ঙম্নমই। ভারত্তা লৈরম্বা লৌমীশিং লোর্ডকী মীনায় নত্তে। লম মরাং কায়না লৈরমই; অদুগা লৌমীদগী লম শত্তোক্রবা খুদোংচাবসু লৈরমদে। নোংচুপকী লমদা স্বাইনা খংনরিবা অসিগুম্বা ভারত্তা (জামিদাবি) লম মপুগী ওইবা নিযম লৈরমদে; অদুগা লৌমী খুদিংমক্না মানা মানা শীজিন্নরিবা লম মচেৎ মচেৎ অদুগী চপ চাবা মপুসু ওইরমদে। রাখল মরম অনিসি কায়নথংদা বৃটিশনা হৌদোকখি; খুদোংথীবা কয়াসু থোকখি।

মীরেবাক্না লান্দারকপনা লান অমসুং মাংতাকপা থোকহল্লি; লৈবাক ইরাং হৌহল্লি, লাল হৌনরকই অমসুং নুংশি হৈতবনা অঙম্বা ওইরকই; মরুওইনা লাম্লীদা তাংবা অনৌবা লৈবাক ঙাকপা কয়া চোংথোকহল্লি। মতম পুম্নমক্তা লৈবাক্কী চৎনবীগী নিয়ম-আইনগী শরুক ওইবা লৈবাক-রায়েনলোনগী অয়াম্বা শরুকপু অনৌবা লৈবাক ঙাকপশিংনা থৌশাদে। কান্নবা ফল কয়াসু থোরকলমই; মশাবু মশানা ঙাকচবা খুঙ্গংগী শক্তি পুথোরকখি। অদুম্নদি ওইরগা, ভারতকী লিরবা চৎনবী অমসুং নিয়মদা খুৎ থিংজিন্দনবা আফগান অমসুং মোগল নিংথৌশিংনা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনরমই; মরুওইবা নিয়ম আইন্দা অহোংবা অমতা লৈহনখিদে; ভারতকী সমাজগী ইমুং মনুংগী অমদি শেন-থুমগী মতাংদা অকাযবা অমতা য়াওদনা হান্নগুম্না চত্থনরমই। চৎনবী আইন ঙাক্রবা, ধর্ম্মগা মরী লৈনদনা লৈবাক ঙাকপগী আইন নিয়ম তোঙঙান্না ঙাক্রবা গিয়াস-উদ-দীন টগলোক্না মাগী লৈরিবা লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংদা অকনবা হুকুম তৌরমই; অদুগা ধর্ম্ম হায়বসি মশা মশানা পামজবা মতুংইন্না চৎচবা মশাগী ওইবা পোৎনি। তৌইগুম্বসুং মতমনা অহোংবা পুবকপনা, খৎন-চৈনবা কয়া থোরকপনা, লৈবাক রায়েনলোন্না অমতা ওইনা লেপ্তুনা পুনশিল্লকপনা, চৎনবোলবু মাই ঙাকলম্বা শরুক অদু তপ্না তপ্না লেপ্পা লৈতনা মযেং তাথবকলি।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## নিপানশুবা তাংকক

# কাংলুপ খায়বগী নিয়ম অমসুং থবক
# পুন্না লৈমিন-চামিন্নবা

হাভেল্লনা হায়, "ভাবত্তদি ধর্ম্ম অসি য়েৎননিংঙাই লৈতনা থাজবা হায়বদুমক ওইদে, পুন্সিগী তোঙঙান তোঙঙানবা ফীবমদা অমদি রাখলগী সংসাবনা চাওখৎলকপদা ওইবকপা তোঙঙান তোঙঙানবা মতাংদা চাশিন চুশিন্নবা য়ানবা মীওইবগী লমচৎ-শাজত্তা অহোংবা পুবক্লবা থাজবদি ওই।" য়েহ্লৌঙে মতমদা, ইন্দু-আর্য কলচবনা অহানবা মওং তাবকপা মতমদা, মানা মানা খন্নবা মতুংইন্না, সভ্যতা, জ্ঞান অমদি মিৎনা উদবা রাখলতনা উবা, শকক্কী মায়দবা চাওখৎলকপনা, লাপ্পা লাপ্পা লৈনহন্নবা মীশিংগী দবকাব ওইবা শকক অদু ধর্ম্মনা পীবমই। য়েহ্লৌঙেদগী জঙ্গলদা মীওই কয়া লৈবমই, যন্ত্র-মন্ত্র থাজবা, শা-ভাহ্ন পূজাতৌবা, অন্ধবিশ্বাসকী ওইবা মখল কয়াবু থাজবা মীওই কয়া কয়াসু লৈবমই; রাখলতগী ওইবা সংসাবদা খ্বাইদগী হেন্না রাংবা থাক য়ৌববা মীওইসু লৈবমই। কাংলুপশিং অসিগী মবক্তা থাজবা রাখল অমদি তৌথোবকপা থবক্কী তোঙঙান তোঙঙানবা মচু, মখল মথেন কয়া লৈরমই। খ্বাইদগী হেন্না রাংলবা রাখলগী থবক য়ৌনবা কনা'মনা তান্নবকপা মতমদা রাংপ্রবা শকক্তা অতৈনা লাম্বা ঙমলবোইদবা থাক যৌপ্রি। সমাজগী পুন্সিনা চাওখৎলক্লবদা, থাজবগী মায়বা চাংচৎ অমা শন্দোবকখি; মদু ওইববা ফাওবদা কলচব অমসুং ঙহাক লৈতনা হোংবা নায়বা রাখলগী তোঙঙান তোঙঙানবা খেৎনবদুদি অদুম মবৈহৌই। ইন্দু আর্য্য কলচবনা চংশিল্লকপদি, কবিগুম্বা থাজবা অমবু নমদুনা থিংজিনবা তৌহন্দবনি হায়বদি কনাগুম্বনা হায়জবদুবু য়ৈথত্তব মাংহন্দবনি। মানা মানা খংজবকপা অমদি চাওখৎলকপা রাখল মতুং ইন্না শেমগৎলকপা প্লান তুংইন্না থবক চখববকনবা কাংলুপ খুদিংবু মনিং তৌনবা থবক তৌহনবনি। ভাব তাহন্নবদি লাক্লবমই অদুবু য়াদবা অথিংবমক্তি লৈবমদে।

সমাজ শেমগৎ-শাগৎপদা, চপ মান্নবা অমদি থোয়না হেন্না লুবা থৌদোক মাইয়োক য়াবা তাবমই। ময়েক শেংনা খেৎনপ্রবা কাংলুপশিং অসিবু অমত ওইবা অপুনবা সমাজ অমা ওইনা পুনশিনহলবদা অমদি কাংলুপ খুদিংমক্লা অপুনবা সমাজগা ইবোয়মীন্নদুনা চৎমিন্নহনবদা, মশা মশাগী ওইনা হান্না লৈজবা মপুন্সি মবেন অদু লেঞ্জনবা মশা মশাগী নিংতম্বা অদুদি হোংহনবা য়াদনা লেংদনা অদুম মবৈহৌই লোয়নননা মশা মশাগীতা চাওখৎনবা হোৎনজবকই। রাখল অমবোমদা হাযবগা - চাংদম্নগে হোৎনবদা চগোত্তা চন্দন লাম্বগুম থোকলবসু - অসুক য়াম্বা লৈবাকপু অরাবা তাহল্লিবা, অরাবাকোকহনবা য়াবা লম্বেলদগী তাম্না লাপ্না লৈপ্রবা ঙসিমক উনবিবা মশীং লাকঙমদ্রবা মাইনোবিটি প্রোব্লেমগদি মসিগা চাংতম্নবা য়াই। অম-অমা-ওইববসু প্রজা খুদিংমক চাদা চামা আমেরিকাগী মী (প্রজা) ওইহন্দুনা ইউনাইটেট স্টেটস খুদিংদা লৈবা মী খুদিংমক চপ মান্নহনখ্রে। মতম শাংনা, হেন্া তোৎশিন্নদুনা লৈবকলবা অতৈ লৈবাক কয়াদি অসুম্না নিংথিনা শেমজবা ঙমদ্রি। কানাডা ফাওবদা অকনবা জাত্তি, ধর্ম্ম, লোনবু ভাব তানা খংনবা ফ্রান্স কাংবু লৈবি। ইউরোপতা রাংলবা অমদি লুরবা পনজাও কয়া লৈবি। অদুম ওইনমক মসিপুম্বা ইউরোপতা লৈবা মীশিংদা পানশিনবা য়াই হায়বদি ইউরোপতগী শন্দোকখিবা (চত্তুনা অতৈ লৈবাক্তা খুন্দাখিবা) মীশিংদা পানশিনবা য়াই; হায়বিবা মীশিং অসিগী হৌবকফম অমত্তনি, অদুগা কলচবসু চপ মান্নবনি। ইউরোপকী মী নত্তবা মীতোপ্পা চংলকপা মফমদদি লৈরমইবা মওংগা মখোয়গা চুশিন্নদে।

ইউনাইটেট ষ্টেটসতা লৈবিবা নেগ্রোশিং, চাদা ১০০ মখোয় অমেরিকা ওইবদি য়াই, অদুবু মখোয়দি তোপ-তোপ্পা জাত্তি অমনি, অতৈ জাত্তিগী মশাগী ওইনা লৈজবা পোকপদগী কোন্নরকলবা অমদি কোন্না তানশিনজরক্কদবা খুদোংচাবাশিংদু মখোয়গীদি শুকয়াও য়াওদ্রবনি। মসিদগী হেন্না ফজবা খুদম কয়া অতৈ মফমদসু লৈরি। মল্টি নেশনেল ষ্টেট (ময়ামগী অপুনবা অমতা ওইবা ষ্টেট) শেমদুনা মাইনোরিটি অমসুং নেশন্নেলিটিগী প্রোব্লেম সোভিয়েৎ রসিয়াদততি কোকহনখ্রে হায়।

ইশাগী জ্ঞান লৈজরবা, চাওখৎলমদা খোংদাবক্লবা মতম অসিফাওবদা অব্রাবা খুদোংথীবা পুম্নসিনা ঐখোয়বু তান্নবিবা অসিনদি, থায়নগী মতমদা, ইন্দু-আর্য্যশিংনা সভ্যতাগীদমক শেমশারিঙৈদা, লৈবাকসিদা লৈবস্না সমাজগী মনুংদা তোঙঙান তোঙঙানবা অমগা অমগা মান্নদবমখৈ খেৎনরবা মীওইবা কাংলুপ কয়ানা থম্না লৈরিঙৈ মতমদদি কয়াদা ব্রারিগবা। থৌদোকশিং অসি তেম্মনবা, মতম মতমদুগী সাধারন তৌফম থোকপদি জয় তৌরবা (খুদুম চম্লবা) মীয়াম্বু তাম্থোকপা নত্রগা মীনায় ওইহনবনি। নিয়ম অসিমক ভারতত্তদি চৎনবমদে; অদুম্নদি ওইরগা অচৌ-অশাং কাংবুনা মখোয়গী অচৌবা মখৈদি মতম্না লৈরিবমখৈ লেংদনা লৈহন্নবা চেকশিনবা য়াবমখৈ চেকশিল্লমই হায়বা মখৈদি তশেংবনি। মথক থোংবা কাংবুগী ফীবম শোয়দনবা শীল্লগা তোঙঙান তোঙঙানবা কাংলুপ কয়াগী ওইবা ষ্টেট শেমলমই; অসিগুম্না ষ্টেটতা লৈরিবা মীশিংনা মানা মানা পাম্না থবক তৌজবা য়ানবা, মাগী মাগী চৎনবী ঙাক্লা পামজবা মওংদা.মপুন্সি লেনজনবা অককনবা নিয়ম মখাদা অককনবা চাওবাকপা কল-আইন শেমলমই। তশেংনা য়াদবা অথিংবা হায়ববু কাংবু অমনা কাংবু অমদা অকায়বা চৎলোইদবনি কাংবু মশেন অমগা অমগা খৎনবোইদবনি। নিয়ম আইন অদু সেমদোক শেমজিন তৌবা য়াই লোয়ননা চাওথোকহনবসু য়াই; নৌনা লাকপশিং নত্রগা হান্না লৈবস্না কাংবুদগী খায়থবকপা মেম্নবশিংনা কাংবু অমা শেমদবা য়ানা মশীং য়াম্নবদি অনৌবা কাংলুপ অমা শেম্না য়াই। কাংলুপ খুদিংদা চপ মান্নবা নিংতম্না অমদি অপুম্না শক্তি লৈবমই; মখোয়গী মবক্তগী খনগৎপা কাংবুনা কাংলুপচিংবা ওইবম্মী; কম্নবা অকবা থৌদোক থোকপা মতমদা পুম্নমক তিম্নদুনা তাথোক তাশিন তৌনবমই।

কাংলুপশিং সি অয়াম্বা মতমদা মখোয়না তৌবা থবক্কা মরী লৈনবমই; কাংলুপ খুদিংমক তোপ তোপ্পা মখলগী লল্লোন-ইতিক নত্রগা খুৎশা হৈবদা মপা-লৈত্রবা ঙাক্লি অসুম্না মখোয়শিং অসি মখল কয়াগী লল্লোনবা কাংলুপ নত্রগা থবক শুবা কাংলুপ ওইবমই। মানা মানা তৌবিবা থবকপু কনশিনহন্নবা মখোয়গী অকনবা লিচিং লৈবমই; মসিনা মাগী মাগী কাংলুপ্পু ঙাকশেনবতা নত্তনা চংজফম পীবমই লোয়ননা অব্রাবা দশা তাববা নত্রগা শেঙ্খুম লৈতবগী অব্রাবা নংলবা কাংবুবু মতেং পাংনবমই। কাংলুপ খুদিংগী তোঙঙান তোঙঙানবা মথৌ অদুবু শম্না কাংলুপ কৌনবমই; হায়র্বিবা কাংলুপ অসি মখোয়না তৌবিবা থবক অদুনা শেংনা লায়না মশক তাকলমই; অদুগা মবম অমনা, কাংলুপ খুদিংনা মাগী মাগী তৌফম থোকপা থবক অদুতবু মহৈ য়াম্না তৌববতদা সমাজ অপুম্না পুম্না থবক তৌমিন্নবনি। মসি পুম্নসিগী মথক্তা, জাত্তি অমগী মীপুম্নমকপু অমতা ওইনা পুনশিলহনবা য়ানবা, ফজনা কম্না হোৎনরম্মী মদুদি – ময়ামগী অমত ওইবা কলচব, চৎনবী লৈনবা ব্রাখল, ময়ামগী ওইবা থৌনাফবা মী অমদি সাধু, ময়ামগী ওইবা লম লৈবাক্কী চিথেক মবীদা থনমই মদুনা তীর্থ চৎপা প্রজাশিংদা খুদোংচাহল্লমই। হৌজিক জাত্তিগী ওইনা লৈনরিবা মবী অসিগা মতম অদুদা লৈনবস্না জাত্তি পুনশিলহন্নবা মবি অসি লৈঙাক শাসন মাইকৈদা খরা শোনতক তৌই অদুগা সমাজ অমসুং কলচবগী লমলোমদদি ওস্থোক্লা কল্লমই। লৈঙাক শাসন্দা খজিক শোনবা অদুনা মীবৈবাক্তগী লান্দারকপদা খুদোংচাবা পীবমই (মীবৈবাক লান্দারকপশিংগী মতোন ওইবমই); সমাজগী মপাঙ্গল কম্না লৈবনা মাংগ্রবা শকক লায়না হঞ্জিনবা ঙমলমই লোযননা অনৌবা হীরম কয়া পুথোকপা পুনর্শিনবা ঙমলমই। মসিগী মকোক-মতোন কয়া চোংলমই; মবমদুনা ফনা থিনা ককথৎলবসু, অব্রাবা কোঙ্গায় নংলবা, লৈবাক্তা কয়াবক হন্না লান্দাবকলবা ফাওবদা মখোয়দি মুৎপদি মঙম্রদ্রে।

মবম অসিনা মথৌনা, তোঙঙান খায়দোকহনবদগী কাংলুপ খায়বপনি। থবক্লা মথৌনা হুকুমনি (থবক মশাদা হুকুম অদুম য়াওজবর্বানি) মখোয়দা থৌদাবা নত্রগা মখোয়না তৌরিবা থবক অদু থোযনা কনশিলহন্নবা অতোপ্পা হুকুম দরকাব

লৈতে। পাক্লা শন্না লৈরবা কাংলুপ অমগী মনুংদা নিপী অমতা থীবা, য়াম্না থীবা, মৰা অমতা মনাইবা, অমদগী হেন্না মৰা নাইবা অমদি ময়ুম শুরুপান পান্দবা পুন্নমক শুনা লৈরম্মই; অতোপ্পা চৎনবী, থাজবা, অতোপ্পনা তৌরকপা থবক পুন্নমক খাংদুনা লৈবগুম্না মখোয়না পুন্নমক খাংবা তারমই। হেক ওন্না অৱাংবা থাক্তা মখোয়গী পুন্সি লেন্নবা মখোয়না হোৎনরম্মী। মীশিং য়ামদবনা মীশিং য়াম্নদা নপচ-তাংজবা হায়বা লৈরমদে; মদু তৌরবদি মশানা মনিংতৌবা অতোপ্পা কাংবু অমা চোংথোকপা তারকপনি; মসিগী চাংয়েং হায়ববু তোঙঙানবা কাংবু অমা শেম্না ওম্না মশীং য়াম্নৱা হায়বা প্রস্ন অমা থোরকপা তাবনি। কাংলুপ কাংলুপকী মরক্তা জাতি তোঙঙানবগুম ধর্ম্ম, কলচর, কুচু, ৱাখলগী চাওখৎলকপা শরুক ওম্না খেৎনরম্মী।

মী খুদিংমক (কাংবু) কাংলুপ অদুগী মেম্বর অমা ওইনা লৌরমই; কাংবু অদুগী তৌফম থোকপা মথৌদা অয়েৎপা অপনবা পীক্রিবা মথৌ মী খুদিংমক্না মানা মানা পাম্না থবক তৌবা য়ারমই। কাংলুপ অদুনা তৌরীবা থবক অদু মথক মখা ওম্ভোক্লবা শক্তি কনামক্তগী লৈরমদে; মশানা মপাঙ্গল য়াম্না কন্দুনা মাগী মী মরাং কায়না লৈজরবতদা অতোপ্পা কাংলুপ অমা ওইনা চোংথোকপা য়ারম্মী। করিগুম্না মখলগী কাংলুপ অমদা তিনবা ওমদ্রবা মহাক অদু পৃথিবীদা লৈরিবা তৌনবিবা করিগুম্না মখলগী থবক অমতা মহাক্না তৌবা গুম্নরোইদৌবনি। মদু ওইরবদি মহাক করিগুম্না কাংলুপকী মখাদা লৈবরোই, পৃথিবীদা লৈরিবা তৌফম থোকপা থবক অমতা মহাক তৌবরোই মহাক সন্যাসী অমা ওইবা তাই, মহাক্না পাম্না থবকতমক মহাক্না তৌবা য়াই, মহাক্না নিংবা মতুংইন্না মহাক্না লম কোয়না চৎপা য়াই।

ভারত্তা সমাজ শেম্নগী ৱাখলনা সমাজগী অমদি কাংলুপকী নিয়ম মখাদা মী খুদিংমক লৈহনবা তাবনা ধর্ম্মগী ৱাখল, অমদি ৱাখলগী অথুপ্পা শরুক থিবনা মী খুদিংদা পাঙ্গল হাপ্লমই। মুক্তি অমদি অরোয়বা অরেপ্পা অচুম্বা জ্ঞান অপাম্বা মী খুদিংনা তানবা য়ারমই, অচৌ-অপিশক খায়দনা কাংলুপ খুদিংগী মেম্বরনা তানশিনবা য়ারমই। মুক্তি অমদি পুকনিংগী অমম্না কোকহনবদি কাংলুপ অমতগী নত্তনা পুন্নমক্কী ওইবনি; অদুন্নদি ওইরগা মসি মী পুম্বদা ওইদে। লবুক্তগী লম্বী তানবদা অবেপ্পা আইন নিয়ম লৈবাক্কী ওইবা লৈবমদে মসি য়ৌনবা চংফম থোং মীপুম খুদিংদা হাংদুনা থনমই।

কাংলুপ খায়বগী ফীদুপ তানবা সমাজ শেমগৎ-শাগৎপদা কাংবু নায়বনা মরু ওইরমই অদু ফাওবদা নায়তোম তানিংবগী ৱাখল অমদি মতম পুম্বদা ভারত্তা লৈবমই। হীরম অনি অসিগী মরক্ত য়েৎনবা অমদি তত্তনা লৈবমই হায়বা চুম্নবনি। নায়তোম তাবদি, নায়তোম তাববু থোয়না হেন্না কনশিলহনবা ধর্ম্মগী নিয়মদগী থোকহনবনি। সমাজ শেমগৎ শাগৎপা কাংবুদি কাংলুপ খায়ববু য়ানীংলমদে অমদি কন্না য়েৎলমই; মখোয়সি মহৌশানা ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুনি; ভাবনা শাবা ধর্ম্মনা চাওখৎ-হেনগলকপনা কাংলুপ খায়বা অসি থোকহনখিবনি হায়বনা মখোয়না য়েৎপগী মরুওইবা মচাকনি; মখোয়না হায় মদুদি ধর্ম্মনা তাকপা মতুংইন্না নায়তোম তানখি। কাংলুপ খায়ববু থুগায়নিংবদগী বুদ্ধ ধর্ম্ম থোবকখি; ধর্ম্ম অসিনা নায়তোম পুরা তানবা হায়বদি পৃথিবী পুম্বসি পুন্না অমতা ওইহন্নিংলমই। সাধারণ সমাজগী তৌফম থোকপা থবক্কা হায়রিবা পুন্না তাবা নায়তোমগীগা লম য়াম্না থাপ্লা খেৎনখ্রে। মসিনা কাংলুপ খায়বকপা থিংবা য়াবা সমাজ শেমগৎ-শাগৎপগী মশক থোকপা অতোপ্পা মওং অমা তাহনবা লৈতে; কাংলুপ খায়বনা আ-মতুংফাওবা কায়দনা অদুম মচৎথবকলি।

মরুওইবা কাংলুপশিংসি কবম কবম্বনো ? শম্ন-খোৎনবা য়াজবা, খায়দোকইবা কাংলুপ অসিগী মনুং চন্দে গায়না ঐখোয়না খয়রিবা অমাংবা জাৎপু মতম খবদং ঐখোয়না কাওথোক্লবদি, মরু ওইবা কাংলপু (৪) মবিখক লৈ; — জ্ঞানী, ওঝা, পুরোহিৎকী থবক তৌবা, ব্রাহ্মণ কাংবু; লাম্মী, লৈবাক ঙাকপগী থবক তৌবা ক্ষেত্রি কাংবু, লল্লোন ইতিক, শেন পুথোক পুশিন থবক তৌবা বৈশ্য কাংবু অমদি লৌমী অমদি অতৈ থবক তৌবা শুদ্র কাংবু। লৈরিবা খর অদুদং তম্পক তাশিন্দুনা অতৈগসু তিন্নদনা লৈবা কাংবুদি ব্রাহ্মণশিংনি। ক্ষেত্রিগী মশীংদি ওহাক লৈতনা হেনগৎলকই; মীরৈবাক্তগী লাকপা কাংবু, শক্তি পায়খৎলকপা, মপাঙ্গল কনখৎলকপা লৈবাক অসিদা লৈরম্না কাংবুনি মশীং হেনগৎহল্লিবসি। মরুওইনা লল্লোন-ইতিক তৌবা, শেন পুথোক পুশিন্নচিংবা অতৈ অতোপ্পা থবক তৌবদি বৈশ্যতনা তৌরমই। শুদ্রশিংগী মরুওইবা মথৌদি লৌ-ইংখোল কোইবা, মথক্কী কাংলুপ অহুম অদুগী ইমুং-মনুংদা মীনাইগী থবক তৌবা অসিনি। অনৌবা শিনফম

থোরকপনা অনৌবা কাংবু (কাংলুপ) তত্তনা থোরক্তবা নত্তে অতৈ মরম কয়া'মা লৈবনা হান্নদগী লৈরকপা কাংলুপনা সমাজদা মকোক থোংনা লৈননবা মতম পুম্বদা হোৎনরম্মী। অসুম্না তৌবসি গুসি ফাওবদা অসুম কায়দনা চথরক্লি। মকোক থোংবা কাংলুপতনা শিনবা অশেংবা লং (নগুপ্ত) অতোনবা কাংলুপ্পা মফম মরাং খংদনা শিনরকলি। তশেংনমক পুম্নমকসি করিমতা খেৎনরক্তে; কাংলুপ খুদিংমক্কা মানা মানা তৌফম থোকপা মথৌ তৌদুনা মাগী মশিঞ্জাংবু তত্তনা পাংথোক্লরি। মসি ইজ্জৎকী রানি। করি করিগুম্বদা অতোনবা জাৎকী কাংলুপ্পা, তৌবা ওম্বা মশাগী মপান্না, ষ্টেটতা অণ্ডম অথৌগী থবক তৌদুনা ফম চাওনা নায়নরকলি; অদুম্নদি ওইরগা মসি মতম পুম্বদা মীপুম খুদিংদা থোকপদি নত্তে।

চুম্না হায়রবদা, সমাজ শেমগৎ-শাগৎপনা অমগা অমগা পরপ পরপ তান্নবা অমদি অমগী মথৌ অমনা মুনগদবগী তান্নবা নত্তবনা তোঙগান তোঙগান খায়দোক্লবা জাতিশিংনা তৌগে নিংলবদি তৌবা য়াবা লামশিন্নবগী থবক করিমতা তৌদনা হান্নদগী করিমতা খেৎনবা লৈতনা লৈরমই। জ্ঞান লৈবদা, লাইরিক লাইশু হৈবদা মখোয় মঙাইরে হায়না নাপল তৌরবা, অতৈ কাংলুপশিংনসু ব্যবহার তৌরবা খাইদগী মকোক থোংনা লৈরবা ব্রাহ্মণশিংনা পৃথীবী পুম্বসি মখুৎ চনশিনগে হায়না থোকপা অমা তৌদুনা হোৎনরম্না লৈতে। চাওখৎলবা, মরল মথুম লৈরবা, ইনাক খুল্লবা লল্লোনবা কাংলুপ্পা সমাজদা পুম্নমক্কী মকোক থোংনা অন্নাংবা থাক্তা লৈরমদে।

মতম অদুদা লৈরম্বা মীশিংদি অয়াম্বনা লৌউ-শিংউবা ওাক ওইরম্মী। জামিদারি লৈরমদে, লোয়ননা লৌউবশিংগী মপু লৈরমদে। আইনগী মতুং ইন্না কনানা লৌপুনো (হায়বদা) লেপ্পদা রানা থোকলমই; লৌপুগী মরমদা হৌজিক লৈরিবা নিয়ম অসিগুম্বা নিয়ম অমতা লৈরমদে। লৌমীনা মাগী লৌফম খোয়নবা ক্ষমতা লৈরমই; অদুম্নদি ওইরগা তশেংনা হংনবা য়াবা রাফমদি লৌফমদা থোকইবা মহৈ নরোং য়েম্থোকপগী মরমনি। অয়ামবা শরুক্তি লৌউবনা ফংলমই; নিংথৌ নত্রগা ষ্টেটনা তরুক থোকপগী শরুক অমা লৌবমই; খুঙ্গংদা লৈবা মথৌ তোঙগান তোঙগান শুবা, মথৌনা মরুওইনা প্রজা সেবা তৌবা কাংবু হায়বদি ব্রাহ্মণ পুরোহিত অমসুং ওঝা, সদাগর-লল্লোনবা, য়োৎশুবা, উশুবা, খোংউপ তুবা, চফু শাবা, য়ুম শাবা, হাজাম, রাইশিংপা অসিনচিংবা কাংলুপ খুদিংমক্কা ফংফম থোকপা শরুক ফংলমই। অসুম্না রাখল অমবোমদা হায়রগা ষ্টেটতকী রাইশিংপা ফাওবনা থোকইবা পোৎথোক্কী ফংফম থোকপা শরুক ফংলমই।

অতোনবা কাংবু খাইনা শম্নবীদবা কাংবুনা কনা কনানো? খাইদগী তোনবা কাংবু হায়বসি অনৌবা মিংথোন্নি, কাংলুপ কয়াগী মখাদা অমা লৈত্রবা, খাইদগী থাংখাং ওইরবা, ময়েক শেংনা খংনদ্রবা কাংবুনি। অতৈ কাংলুপ্তুগী মখোয়বু তোপ্পা খায়দোকপা অশেংবা অকক্লবা পল অমতা লৈরমদে। শম্ন-খোৎনবা য়াদবা হায়রবসিনা মরোইরে। অন্নাং ভারত্তা লৈবা মী খরবু রাইশিংপা অমদি অমোৎপা থবক কয়াদা শীজিন্নরমই; মখোয়শিং অদুবু শম্ন-খোৎনবা য়াদবা কাংবু ওইনা লৌনরমই। ফাহিয়ান্না ঐখোয়দা হায়রম্বদি মহাক্না ভারত্তা লাকপা মতমদা মীগী অমাংবা শেংদোকপা কাংববু খাইনা শম্নরমদে। খা-ভারত্তনা মশীং য়াম্বা হেল্লি। করম হায়না মশীং অশুক য়ামখ্রিবনো হায়বদা রানা থোকই। অমোৎপা থবক্লি হায়না খাইনা খন্নবা থবক্তা শীজিন্নবা কাংববুনি হায়না লৌনবা য়াই অদুগা মতুংদদি মখোয় অসিগী মরক্তা লম-লৌ লৈজদবা থবক শুবা কাংববুসু হাপচিনখ্রে।

আর্চ্চা-পূজা তৌবদা পুকনিং হকচাং ফীরোন শেংহনবগী রাখল হিন্দুশিংগী মরক্তা খাইদগী থোয়দোক হেন্দোক্লা কনশিল্লমই। মসিদগী ফংবা অফবা ফলদি অমতনি অদুগা ফত্তবদি ওম্থোক্লা য়ামখ্রে। হকচাং লু-নালহনবতনি অফবা হায়ববু। হিন্দু অমগী পুস্পিদা খাইদগী তোল্লবা জাৎ ফাওবদা নোংমদা অমুক্তং ইরুজবা হায়বসি তৌদবা য়াদ্রবনি, তোকপা য়াদ্রবনি। ইরুজবগী হৈনহনবা মীওইবগী শাজৎ অসি ভারত্তগী তম্নখিদুনা ইংলণ্ড অমসুং অতৈ মফম পুম্বদা শিনবা থুংনা শন্দোকখি। হিন্দু খুদিংমক অমদি লাইররবা লৌমী ফাওবনা মাগী মাগী অরংবা চফু উয়ান য়েংলগা মপুক্লিংদা চাওথোকচবা রাখল পোক্লবি। অসিগুম্বা মথলগী লু-নানবসি সাইন্টিফিক ওইবদি রাৎলি, নিপা অমনা নোংমদা অনিরক ইরুজবনি হায়না লৈববা, মহিক্লা থল্লবা ঈশিং অদু চিংনবা লৈতনা মহাক অনিরক্তি থক্তবা য়ারোই। অসুম্না চপ মান্নবা হৌজিকমক্তি

তৌনদ্রে। মী খুদিংমক্কা মাগী মাগী ময়ুম্ভু নিংথিনা তনান তনান্নদি থমলগা ফত্ত হৌদি পুম্বদি মাগী য়ুম্লোন্নবগী য়ুমগী মমাংদা খুনগী লমজাওদা হুন্দোকই। খুঙ্গংদি মহৌশানা ওম্ভোক্কা য়াম্না মোংখ্রে; ষষ্ঠি মঁপে মঁপেনা পীক থল্লি। ধর্ম্মগী মতুং ইন্না তৌফম থোকপা তক-তহেনবনা কবম্না লুনা-হেননা লৈগদবগে হায়বদু খল্লহন্দে হায়বসিমক শেংনা উবা ফংই। অদুনা আর্চ্চা-পূজা তৌবনা পুংতোক তোকস্থবদি চাংচৎ অমদা লৈরিবা লু-হেনবসি মাংই খংনা পুম্মাং মাংখ্রগনি।

আর্চ্চা-পূজা তৌবগী অশেং অমাং-না থোকহনবা ফত্তবা ফলনা মী অমগা অতোপ্পা অমগা লাপথোক্কহল্লি; শম্নবা য়াদে হায়বা ৱাখল পোকহল্লি; কাংলুপ অমগী মীগা অতোপ্পা কাংলুপকীগা চামিন থকমিন্নবদা মাংবা-শেংবগী ৱাখল পোকহল্লি। পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা ভাব তাদনা অঙকপা পোকহল্লি। মসিনা কাংবু খববু শম্নবা মাংই হায়বা ৱাখল পোকহল্লি; মবর্মদি মবাইবক থীবনা মোৎলবা থবক তৌদবা য়াদ্রবা থবক মখল অমা মখোয়না তৌবা তাবমই। কাংলুপ কাংলুপকী মীশিংনতা পুন্না পুন্না চামিন থকমিন্নবসি কাংলুপ খুদিংগী ওইনা চৎনবমই। মসিনা সমাজগী মনুংদা লৈবিবা তোঙঙান তোঙঙানবা থাকপু খংনহনবা খুদম ওইবমই; অতোনবা জাত্তিসু মদু ঙাক্কা চৎপা তাবমই; অদুগা অৱাংবা থাক্কী কাংলুপ্তুগী মখোয়না হেন্না থোয়না কর্নশিনবা হেল্লি। অৱাংবা থাক্কী কাংলুপ মনুংদদি চৎনবী অসি হৌজিক লাইথোকনবকলে; অদুগা হুম্ভবা কাংলুপকী মনুংদদি খ্বাইদগী তোনবা কাংবু ফাওবর্দদি হান্নগুম্না চেৎশিন্না অদুম চথনবি।

কাংলুপ অনিগী মবক্তা চামিন-থকমিন্নবা তৌদ্রবসু অমগা অমগা লৌন-লৈনবদি কন্না চত্থবকলি। অমগা অমগা তিন্নদুনা লুহোং খোংদোংবনা তৌদবা যাদবগুম চত্থবগা কাংলুপ খুদিংদা মতোম মতোমতা কনাগসু তিন্নদনা লৈনবা কয়া কয়া লাক্লুপ্ত্রবা অদুগা মশা মশাগী ওইনা তোৎশিন্নদনা মীশিং য়ামখৎনবা কয়া কন্না হোৎনবিবা। মাগী মাগী কাংলুপ মশক খংনা চহি কয়া চুপ্পা চত্থবকইবসি অঙকপনি অদুগা কাংলুপ খুদিংমক্কা মকওইবা খরা ৱাংবা থাক্কি কাংলুপ্পা মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা ফীবেপ্পু ঙাকনবা কন্না হোৎনবি।

হায়খ্রিবা থাক্কী কাংলুপর্শিং অসিগীসু থাংখাং ওইনা কাংলুপ খবা অমসু লৈবি হায়নৈ; মখোয অসি হায়খ্রিবা কাংলুপশিং অসিদগী তোঙঙানবা কাংবুনি। তশেংনমক হায়ববদা, করিগুম্বা কাংবুগী মীশিং অদুদগী হেন্দোক্কুনা খ্বাইগা শম্ন খোৎনদনা (অমাংবা) কাংবু ফাওবা খাযদোকইবা কাংলুপশিং অসিগী মনুং চন্দবদি নত্তে। খ্বাইদগী তোল্লবা কাংবু হাযবদি অমাংবা কাংবু অসিগী মশাগী ওইবা সমাজ অমা লৈজে লোয়ননা মখোয়গী পাংথোকফম থোকপা লৈবাক লৈঙাক ঙাক্লবা মখোয়গী পঞ্চাযেৎ হাযবদি কাংলুপকী ওইবা কার্উন্সিল লৈজে। অদুম্নদি ওইবগা খুঙ্গংদা লৈবিবা সাধাবণ প্রজাশিংনা মপুন্সি চুপ্পদা তৌবিবা থবক পুম্নমক মখোয়বু যাওহন্দবনা মখোয়গা শম্নবদা মাংই হায়দুনা তোঙঙান তাহনবা, খাংবদা ৱাববা ৱাখল অমা মখোয়দা পোকহল্লি।

খুঙ্গংগী, নিংতম্না লেনবা খুঞ্জা কাংলুপ অমদি জাৎ কাংলুপ খায়বা অনি অসি ভাবতকী লিববা সমাজ শাগৎলোনগী তোপ-তোপ্পা মওং অসিনি। অহুম শুবদি পুন্না চামিন্নবা ইমুং মনুংনি; অসিগুম্বা ইমুংদা লৈবা মী খুদিংমক্কা অপুনবা সম্পত্তিগী মান্নবা শকক ফংনিংঙাই হক লৈ অদুম্নদি ওইবগা হিংহৌবা মীতনা স্বতধিকাবি ওইবমই। মপা নত্রগা খ্বাইদগী অহন ওইবনা মকোক ওইবমই হায়বদি মেনেজব অমা ওইনা ইমুং অদুগী থবক পুম্বা শীল্লমই অদুম্নদি ওইবগা মতম অমদা বোমদা চাৎনবম্বা মপানা পুম্নমক্কী পুংশুপ শুপ্পা অদুম্নমক্তি তৌবমদে। মতাংনা য়াদ্রবদা নত্রগা ইমুংদুদা লৈবিবা মীশিং অদুনা য়ানববদি সম্পত্তিগী তোপ তোপ্পা শকক অমা থাকনবমই। অপুনবা সম্পত্তি অদু ইমুংদুদা লৈবা মেম্বব পুম্নমক্কী হাযবদি থবক শুবা ঙম্বা ঙমদবা পুম্নমক্কী দবকাব ওইবা মতুংইন্না শীজিন্নরমই। খরবুনা মশক ওইনা হেয়া পীবগা অতৈদনা অশকননা পীবা তৌবমদে। মসি পুম্নমক্কী হাযবদি মপুং মঁবৈ ফাদ্রিবা (অঙাংশিং) হকচাং কয়াৎ অমদি ব্রেন (ৱাখল) শোয়নাইববশিংগী ইন্সুবেন্স মখল অর্মনি। অসুম্না মযামগী অতেক-অকায় অৱাৎপা মেন্নবা শকক থাকলবদি মখোযগীদমক তৌফম থোকপা থবক অর্মদি মখোয়দা পীফম থোকপা অদু চাংচৎ অমদা মান্ননা হনথহনবা তাবমই। অমগী খুদোংচানবা নত্রগা আশা চাওবা, মখুৎ চাওবগী মতাংদা হর্কচিন্না খন্নবমদে মখোয়গী ওইনা চপ মান্নবা মওংদা অর্মদি শম্না হাযববদা

ইমুং অদুদা লৈবশিং অদুগী মান্নবা চাংচৎ অমদা খন্নরমই। চাওখৎপা হেনগৎলক্লবা অমদি ইমুং মনুংগী মীশিং য়ামখৎলক্লবদি মশা মশাগীদা ওইনা খনবা অঙাং ওইবা শরুক অদু মশানা চাং হৃহুহনবা তাবনি লোয়ননা সমাজ শেমগৎ শাগৎপগী লম্বীদা থোয়না চাওখৎহনবা তাবনি।

মসি পুম্নমকসি নোংচুপ হারমদা চৎনবিবা মশা মতোমতা চাওখৎনবা হোৎনরিবসিগা তায়ওন্নবনি, মকওইনা অমুক্তা হেন্না তায়ওন্নবনা মশাগী মরম্নাই আশা চাওববু মতোমতা পুক্লিং থৌগৎচবা, মশা মতোমতদগী খুদোংচাববু পৃথিবী অপুম্বগীদমক ওইনা লৌনবা, মরাইবক ফবা য়াইতোং-খমদোংনা মতোংতমক চাবা, অশোনববু পাংদবাশিংদা চন কাচিন্দা নমশিন্দুনা, থম্বা অমেরিকানি। ইমুং অমদা লৈবা মীয়াম পুম্বা পুন্না চামিন-থকমিন্নবা — চৎনবী অসি ভারত্তা থুনা কায়থনরকলি; অদুগা মশা মশাগীত য়েংবা, নায়তোম ওইজবা তান্নবা ব্রাখলগী ইরাংনা নোংম নোংমগী হেনগৎলকলি; মসিনা (অকোনবগীসিনা) মী অমগী পুন্সি-শেম্বা শেম্ভুমগী মতাংদা ওস্থোক্লা চাওখ্রবা অহোংবা অমা পুরকপদা নত্তনা লমচৎ শাজৎ অমদি অমগা অমগা লৈনবা ব্যবহারদসু ওস্থোকপা অহোংবা'মা পুরকলি।

ভাবতকী ওইবা সমাজ শেমগৎ-শাগৎপবু শৌগৎলিবা ঙাকলৌ অহুম্মক্কী য়ুম্ফমদি ময়াম অমা ওইনা পুনবনি নায়তোম তাবা নত্তে। সমাজবু ঙাকশেনবা, সমাজনা মরা চেৎনা লৈবা, মতম নুংশাংনা অমতা ওইনা পুন্না লৈবা হায়বসি সমাজনা মতম নুংশাংনা লৈনবা তৌফম থোকপা মথৌনি। চাওখৎহনবতনা তৌফম থোকপা অনিংবা নত্তে; চাওখৎপনা অমুক্তং চাওথবকপা শোয়দবনি। খুঙ্গংগী অপুনবা ওইরবসু, তোপ তোপ্পা কাংলুপকী অপুনবা ওইববসু নত্রগা অচৌবা ইমুং অমগী অপুনবা ওইরবসু, অপুম্বা খুদিংদা, খুদিংমক্কী চাকথুং ওইবা অপুনবা থব্রাই অমা লৈতবা য়াদে, লোয়ননা খুদিংমক্কী চপ মান্নবা ক্ষমতা অমদি ডেমোক্রেটিক মেথড কয়া অমা লৈবা তাবনি। ঙসি ফাওবদা তোঙঙান তোঙঙানবা কাংলুপকী পঞ্চায়েৎ খুদিংমক্লা ডেমোক্রেটিক্কী মওং চপ চানা থবক চথরি। মতম অমদা খুঞ্জা অমগী থৌবাংবা, কবিগুরুদা লাইবিক হৈতবা অমগী মপুক্লিং লাংতক্লবা উরুবদা ঐহাক ঙক্লমই। মদু বাজনিতি অমদি অতৈ হীবম কয়া খন্ননবা খনগৎলবা (মেম্বরশিংনা শাবা) কমিতি অমা য়াওরুবদনি। মহাক্লা খুদক্তা নিয়ম চুম্না য়াম্বরকখি; মহাক্কী মপুন্সিগা মবী লৈনবা প্রশ্ন নৈনবকপা খুদিংদা মহাক প্রজাগী মতেং পাংদুনতা লাকপা মেম্বব অমা ওইনা তৌরমই; অদুগা মহাক্লা হায়বকপা খুদিংমক নমথবা য়াবা অমতা ওইবমদে। অদুন্নদি ওইবগা অপীকপা কাংবুদি মবাইবকথীবনা মচেৎ কয়া থোক্লা কাযনিংঙাই হেক হেক ওই; লোয়ননা মখোয মশেনসু অমগা অমগা খঙনৈ।

ডিমোক্রেটিক্কী নিয়মদু মুন্না খংবতনা সমাজদা পুন্সি লেনবদা, লম লমগী লৈবাক শাসন্দা, লল্লোন-ইতিক্কী থবক থৌবমদা, ধর্ম্ম-সমাজ কয়ানচিংবদা থবক পাংথোকনবা স্থাইনা খংনববা থৌশিন-নিয়ম ওইবমই। তোঙঙান তোঙঙান খায়দোক্লবা কাংলুপ্পা ,ফত্তবা শকক কয়া'মা য়াওনা-য়াওনা কাংলুপ খুদিংদা ডিমোক্রেসিবু ঙাক্লা চত্থনবি। মীবেপ অমদি অফ-ফত্তা নৈনবনচিংবা পাকচাওরবা নিয়ম নিতি কয়া অমদসু শীজিন্নরি। ইহান হানবা, বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা কাংবুশিংগী সভা কয়াগী মরমদা, জেটলেগুগী মার্কসনা নিয়মশিং অসিগী মতাং খরদা ই-দুনা পল্লমই। "চহি ২,০০০ অমসুং মমাংদা ভারত্তা বুদ্ধ লম্বোইবশিংগী সভাদা ঙসিমক পার্লিয়ামেন্টা ঐখোয়না ঙাংনরিবশিংসিগী অহানবা শরুক অসিমক ঙাংনরম্মী। মসি খংলকপদা অযাম্বা মীনা য়াম্না ঙক্লা থোক্কনি। হাউস ওপ কমগুদা "মিষ্টর স্পিকব" হায়না মমি তমলকপা, তোপ-তোপ্পা অফিসার অমা হাপ্পকপনা এসেম্বলীগী ইজৎপু ঙাকলি। অনিসুবা অফিসার অমসু হাপলম্মী, হৌজিক, পার্লিয়ামেন্ট হৌরমদাইদা হৌবা য়ারব্রা য়াদ্রিব্রা য়েংবগুম্না, দরবার লৈবা মতমদা মীশিং শুরব্রা হায়না য়েংবনা মহাক্কী (অনিশুবা অফিসাবগী) মথৌনি। খন্নগদবা হীরম থাঙ্গৎলকপা মেম্বরনা অসুম্না ব্রাহৌদোক অদু হৌদোক্লবা মতুংদা হীরম অদুগী অফ-ফত্ত, অচুম-অবান চত্থনা খন্নবা হৌই। মতাং খবদা মসি অমুক্তমক তৌই অদুগা অতোপ্পা মতাং খরদদি, বিলনা আইন ওইরমদাইদা অহুমলক পাথোকপসি পার্লিয়ামেন্টকী হান্নদগী চত্থনরকলবা দরকার ওইবা চৎনরম ওইবগুম্না, অহুম অহুমলক হন্না তৌরমই। খন্নবদা মান্নদবা, তোঙঙান-তোঙঙানবা, মত্ত কয়া থোরক্লবদি, হেন্না মশীং য়াম্বা ভোটনা হীরম অদু, অঙম্বা ওইনা লেপকনি, কনা-খংহন্দনা চে-উপুদা চে থাদনদুনা ভোট পীনগনি।"

মমাংঙৈদা চৎনবম্না, ভাবতকী সমাজ শেমগৎ শাগৎপদা, অসুম্না গুণ খবদি ইবৈ-মবৈবমই; অদুগা অওইবমকসু, গুণশিং অদু যাওবমদ্রবদি অসুক কুইনা নুংশাংনা লৈবমলোইদবনি। ভাবতকী কলচবগী দর্শনিক ওইবা ফীদম্না মসিগী মকম থুপ্না লৈবি; মী অমা ওইবগী মপুং ফাববা মগুণ, অফবা, ফজবা অমসুং খংগে হায়না তানশিনবদগী হেন্দোক্নুনা মশানা অবেপ্না ওইনা লৈববা অচুম্বগী মক্ত ওইববা শক্তিনা ফীদম্নফম ওইবম্মী। পুন্না অমতা ওইনা পুনশিনবা, — মিংচৎ শক্তি অমসুং লনবু মফম অমতদা তিনশিববু থিংননবা হোৎনবমই। মী খুদিং অমসুং কাংলুপ খুদিংগী মথৌবু কনাশিলহল্লমই অদুগা মখোয়গী সত্যবুদি লাইথোকহল্লমই। তোঙঙান তোঙঙানবা কাংলুপকী ধর্ম্ম, কর্ম্ম, অমদি মথৌগী মথলশিং শ্রুনা স্মৃতিদা (হিন্দুগী ধর্ম্ম লাইবিকশিংদা) য়াওবি; অদুগা মখোযগী ক্ষমতাগী মখলদি কবিমতা যাওদে। কাংলুপশিংগী মনুংদা মকওইনা খুঙ্গংগী ওইনা অদুগা তোঙঙানবা ভাবতা হাযবগা জাৎকী ওইনা অতোপ্পগী মতেং লৌদনবা কন্না লাকনবমই। মশা মশাগী লৈজবা লমথৈ মনুংদা লৌশিনবা, অহোংবা মনিংএমজবদি য়ানা, চেৎনা পনথৈ নাইনবমই; অদুগা তোঙঙান তোঙঙান, তোপ্না তোপ্না মচা খায়বনা থোয়না হেন্না চেৎনা কনশিনবমই। মসিনা জ্ঞান তানশিন্নবা অনৌবা খোংথাংগী হৌফম অমদি পাকথোক চাওথোক্না শন্দোক্নবা শক্তি অসুম অসুম ময়েং তাথহল্লমই। মশা মশাগী পামজবা শক্তিনা কবিগুম্না মখলগী অহোংবা পুবকপবু থিংনবমই; কাংলুপ অমনা কাংলুপ অমদা মহৈ-মশিন শন্দোক্নবমদে। অন্নাংবা থাক্কী কাংলুপনা খংনবকলবা কুইববা অন্ধবিশ্বাস অনৌবা মখলগী অন্ধবিশ্বাসকা খুৎশম্ননা চৎলমই। জাতিগী অর্থনীতিদা নত্তনা জ্ঞান ফাওবা লেংদনা (চাওখৎতনা) লৈবমই, হান্ন চৎপা খোংচৎ কাযবমদে, থোয়না চেৎনা কনশিল্লি, শন্দোবকপা অমদি চাওখৎ-হেনগৎপা লৈবমদে।

কাংলুপ খাযবগী ৱাখল অমসুং থবক, অঙম অথৌ ওইবা মীওইতগী শাসনগী ৱাখলনা মপুং ওই; ডেমোক্রেসিগী ৱাখলগা তশেংনা তাইওন্নবা ওইনা তৌই। মীওইবগী মপা-মপৃগী ওইনা খুথাং (পুথাং য়ৈনা) চথবকইবা স্বত্ববু কাযদনা থমলিবা মথৈ অমদি হান্নদগী চৎনবকইবা নিযম কাননবু নুকনদ্রিবমথৈ অঙম অথৌগী সম্মানবু কীনা ঙাক্না চৎনবমই। ভাবতকী ওইনা অচৌবা থৌদাং যাবা, চাওখৎ থৌবাং অমদি থবক কয়াদা মাই পাকপা পুন্না অচৌবা কাংলুপতগী ওইনা তৌলমই মখোযতনা মনা থাই; হন্দুনা কাংলুপকী মীওইশিংদা কবিগুম্না মখলগী তাঞ্জা অমতা পীবমদে, মখোযনা ফংফম থোকপা খুদোংচাবা পুন্না চেৎনা পনথৈবমই। অবাংবা থক্কী মী কাংলুপ, অপীকপা মশীং য়ামদবা কাংলুপ নত্তে; যান্ন পাক শন্না শন্দোকপা কাংলুপনি, অদুগী মথক্তা মখোয়গী মবক্তা, শক্তি, লৈবাক ঙাকলোনগী খুর্জ্জি অমদি তৌবা ঙম্বা, লাকাশন্ননবা মপাঙ্গল, মখল মথেন নাযনা খায়নবমই। অসুম্না যেৎপা ঙমদনা চহি মতম শাংনা মখোযনা চথবকখি। তৌইগুম্বসুং মীওইবা জাতিবু লুবাক্ননা হন্দুনা মিৎযেংনা যেংবা অমদি মহৈ মশিন তম্বদা, কলচবদা অমসুং শেম্ভুমগী হীবমদা ফংফম থোকপা খুদোংচাবদু ফংহন্দবনা মমৈথংদা জাতি কাংলুপ খায়বা অসি মশানা শোম্ভবকখি লোয়ননা থাদোকনবকখি। হন্থনা যেংবা মিৎযেংনা অন্যয়বসি থোকহনখি লোযননা অন্নাংবা থাক্কি কাংলুপকী লৈজবম্না আশা অমদি খোংচৎসু কাযথবকখি। ভাবতকী ওইবা শেম্ভুমগী ফীবম অমদি পুন্সিগী লেংদ্রবা অকনবা ফীবেপ অম্না লাকখি। মমাংঙৈদা লৈবাক অসিদা ওইবম্না সমাজগী ফীবম, অতৈ অতোপ্পা লৈবাক্কীগা হাক্না খেৎনবমদে; তৌইগুম্বসুং হার্যাবা মতমদুদা পৃথিবী শিনবা থুংনা লাকখিবা অওনবা অদুনা মসি কদাযফাওবা চুম্বগে হায়বদু ময়েক শেংনা তাকলি। কাংলুপ খাযবনা অমদি মসিগুম্বনা অমগা অমগা যানদবা পুবকই, মহৌশাগী ওইবদা অমুক হঞ্জিলহল্লি, হীবম খুদিংদা পল্লেপফম নাযহল্লি অমসুং চাওখৎখোংথাংদা অপনবা পী গনবসি হৌজিক মতমগী সমাজগী ফীবমনা তাকলি। মফম অমদা পুন্না লৈববসু যুম্বান কৈপান মী অমা ওইবগী থাক্তা, খুদোংচাবা ফংফম থোকপদা (চাং নাইবদি) চপ মান্নবদি ঙমলবোইদবনি অদুগা লোয়ননা লৈবাক শাসন অমদি শেম্ভুমগী ফীবমদা চপ মান্ননা দায়ি পুবসু ঙম্নবোইদবনি। অদুনা অনিসিগী মবক্তা য়ানদবা লাকপসি মশানা তাবনি লোয়ননা অনিগী মনুংদা অমনা ঙম্না লৈহৌবসু শোয়দবনি।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## মাপনশুবা তাংকক

# বাবর অমসুং আকবর; ভারত্তা লান্দারকপা

অমুক হঙ্গত্তুনা য়েংসি। ভারত্তা অফগানশিংনা লাকখি মমৈদা ভারতকী মী ওইখি। মখোয়গী নিংথৌশিংনা অহানবদা য়েক্লবা মশীং হুম্বহন্নবা হোৎনবনা অহানবা মথৌ ওইবমই, মমৈথংদা মীপুম্বা মখোয়গী মখুৎ চনশিন্নবা তৌবমই। মবমসিনা, ময়াম্না য়াগদবা মওংদা, মহৌশাগী ওইবা মখোয়গী নুংশি হৈতবা শাজৎ-লিচৎ অদু মখোয়না থাদোকখি; হান্নদগী হেন্না অখাং কল্লমই, ময়ামগী মতেং নিবমই; মপান লৈবাক্তগী লাকপা, লান্দাবকপা মীওইগী তৌফম থোকপা পুম্বা থাদোক্লবা হোৎনদুনা লৈবাক'সিদা পোকপা অমদি চাওবকপা মীগুম্না নমহৎখিবনা মখোয়গী অহানবা লৈজবম্বা পোলিসি ফাওবা, লমসিগী থাদোকপা যাদ্রবা চৎনবীগী মচু শংখি, লোয়ননা মখোয় পুম্বা ভারতকী মী ওইখি। খ্বাইদগী চাওবা মীথক থোংবা ওইনা লৈবকপনা, হেন্না মপাঙ্গল কনবা কাংবু ওইনা ভারত্তা লৈবা মীগা লোয়নখি, লোয়ননা য়ুম্বান-কৈবান অমসুং রাখলদসু অসুম্না চৎখি। য়ানশিন্নবা কলচবনা ভারত্তা মরূ হুনখি, অসিগুম্বা য়ুম্ফম অসি অকববনা শেমগৎখি।

ভারত্তা তাবকপা মোগল শাগৈদা আকববনা অহুম শুবনি, মহাক্লা তৌবা থবক্লা মহৈ য়ানখিবনা মোগল সম্রাজনা মবা চেৎশিনখি। মহাক্কী মপা পোকপা মপু বাববনা ১৫২৬ তা দিল্লি-সিংহাসন লৌখি। অদুগা মহাক্তি (বাববদি) ভারত্তা মীতোপ ওইনা লৈখি, রাখলদসু অদুম্না খনখি। মধ্য এশিয়ানা মহাক্কী পোক্লফমনি, মফমসি টিমুরবিডকী মতমদা যাম্না চওখৎখি, ইরানগী আর্ট অমসুং কলচবগী মপাঙ্গল য়াম্না কল্লমই; অসিগুম্না অরাং-লমদমদগী মহাক্লা লাক্লমই। বাগদাত্তগী অমদি ইরান্দগী শন্দোবকপা য়ুম্বান-কৈবান ফজবা, নুংঙাইবা বারি রাতাই শানবা, পুক্লিংদা নুংঙাইবা পোক্লবা হোৎনবদা, মাগী অকোয়বদা লৈবা সমাজগী মনুং ফাওবদা মাগী মরূপ মপাংগা ফাওবা তিন্নজবা মহাক্লা ফংখিদ্রবনি। অরাংগী অরাংবা লমদমদা লৈবা উন মহাক্লা পামজবমই, লোয়ননা ফর্গনাগী তগৎ-তগৎ তেকপা উঁহৈ-রাহৈ, লৈ-শু মহাক্লা পামলমই। অদুম ওইনমক মহাক্লা উকবশিংদু য়েংবদা মহাক্কী নিংবা কাইবা পোকলমই; মহাক্লা হায়বমই হিন্দুস্থানদি শিংথানবা য়ানা ফজববা দেশনি। ভারত্তা লাক্লগা চহি মরিগী মনুংদা বাবর শিখি; লান্দা শোক্লদুনা অমদি আগ্রাদা পুকনিং হুরবা কোনুং শাদুনা মহাক্কী মতম লেনখি; (কোনুং শানবা) কন্সটানটিনোপলগী অফাওবা মখুৎ মশা হৈবা নিপা অমা মহাক্লা থেংনখি। মতম অদু কন্সটানটিনোপলদা ফজবা নিংথিবা খিবিক্কী মপু ওইবা সুলেমান দি মেগনিফিসেন্টনা পানবা মতমনি; মতম অদুদা সহব অদুদা ফজববা ফুবা দলান কয়া শেমগৎ-শাগৎখি।

ভারতকী মরমদা বাবরনা কবিমতা খংলমদে, য়েক্লবনা মাবু লাঙ্গোই চনখিবনা অদুক হাক্লা খংখিদবনি। অদুমকপু অরাং ভারত্তা লৈরম্বা কলচবগী অরাৎপদু মহাক্লা ইবম্বা শরুক্লা ঐখোয়দা শেংনা তাকই। মসিগী মরূদি টিমুবনা মাংতাকহল্লম্বা অদুগা অমবোমদা লাইবিক হৈবা মীশিং, চিত্রকার অমদি মখুৎ মশা হৈবশিংনা খা ভারতলোমদা চেনখিবননি। অদুগা অমবোমদা ভারত্তা লৈবা মাইকৈ অশোমগী মীশিংগী হৈ-শিংবা রাখরকপননি। বাবরনা হায়বম্বদি থবক্তা হৈ-শিংবা, মখুৎ হৈবা মী রাৎপনা মত্তে খুৎশু খুৎলাই কল-কাবখানা লৈতবা লিংখত্তবা অমদি মেচিন শীজিন্নবদা হৈ-শিংবা রাৎপননি। য়ুমলোন কৈবোন্নবা ফবা, য়ুম্বান কৈবান নুংঙাইবা, অমদি অকে অমৌদা ইরান্দগী ভারতনা হৈছে খংনা হুম্বমই হায়বা উবা ফংলমই। হিংদুনা লৈনবা লম্বীদা নুংঙাইনবা শিনবদা ভারতকী মীশিংগী মপুকনিংদা মীবোন কয়াদগী হৌনা হৈনিংবা পোক্লক্তবনা অমদি তুংগী চাওখৎ থৌবাংদা পুক্লিং চংদবনা মসি থোকখিত্রা, মসি ঐহাক খংদ্রে। মতম অদুদা লৈবা

ভাবতবাসিগা ইবানদা লৈবশিংগা চাংদম্নদুনা য়েংবদা তক তহেনবা, কে-মৌবদা ভারতবাসিশিংনা যৌশাবমদবা ওইনা তৌই। লৈবাক অনি অসি নক্লা মবি লৈনবম্বনা চৎথোক চৎশিন তৌনবম্বনা খজিক চেকশিল্লমলবা অমদি হোৎনবমলবদি লৈবাক অনিসি থোং মান্নবমগদবনি। অদুগা ভাবতা কলচবদা হুম্ববকপা অমদি ময়েং তাথবক্নুনা লেপ্তুনা লৈবকপদি কায়নথংদা তৌরকপা মাল্লি। মমাংঙৈগী মতমদগী লৈবকপা লিববা লাইবিক লাইশু অমদি অয়েকপা লাই (চিত্র) শিংনা তাকলি মতম অমদা লৈবম্বা নিংথিজববা, নুংঙাইববা, লূ-হেল্লবা ভারতকী য়ুম্বাল কৈবান/বাববনা ভাবত্তা খোংদাবকপা মতমদা (নোংচুপ মাইকৈগী) ইউবোপকী লমকোইবশিংনা, খা ভাবত্তা লৈবা বিজয়ানগরগী মবমদা ইরমই, "লমদমসিগী আর্ট অমসুং কলচব অমদি লূ-হেনবা, কে-মৌবগী থাক য়াম্না ৱাংলমই।"

তৌইগুম্বসুং অৱাং ভাবত্তা কলচব ময়েং তাথবকই হায়বসি য়াম্না চুমই। থাজবদা চপ য়ুংখিবা, সমাজগী চৎনবোলনা খবা চেৎখিবনা সমাজগী ওইনা হোৎনবক্কদবা অমসুং চংশিল্লক্কদবা খোংচৎ, কন্না থিংলমই। তোঙঙান তোঙঙানবা মখলগী য়ুম্বাল কৈবান অমদি ৱাখলগা লোয়ননা ভাবতকী মপান্দগী ইসলাম অমসুং মী কাংবু অমা চংশিল্লকপনা হান্না থাজনবম্বা অমসুং লৈবম্বা সমাজগী শক্তমবু খজিক হোংহল্লমই। মপান্দগী লান্দাবকপনা, লান্দারকপগী ফত্তবা কয়া অমা য়াওওন্নববসু, খুদোংচাবা অমদি লৈ, মসিনা ভাবত্তা লৈবা মীশিংগী ৱাখলগী ঙমখৈবু হেন্না পাক্লা শন্দোকহল্লি, মখোয়গী লৈজবম্বা, কোয়না কোয়শিল্লম্বা, চেকপন কাবন লান্না মখোয়বু নমদুনা য়েংহল্লি। মখোয়না খল্লম্বদগী য়াম্না হেন্না পৃথিবী অসি চাওই, মচু কয়ানা লৈতেংবা মফম্না থল্লি হায়বসি মখোয়না খংলকখি। অদুনা অফগান্না লান্দাবকপনা ভাবত্তা অহোংবা কয়া পুবকখি, হোংদোক হোংজিন কয়া থোকহনখি। অদুগী মথক্তা য়ুম্বান কৈবান্দা অমসুং কলচবদা আফগান্দগী য়াম্না খুমাং চাওশিন্না চংশিনখ্রবা, চাওখৎপ্রবা মোগলনা ভাবত্তা অহোংবা কয়া অমা পুশিল্লকখি। তোপ তোপ্না হাযববদা ইবান্না মিংচৎ তাল্লম্বা লু হেনবদু মোগলনা হৌদোকপা (মোগলদগী তমজবা ওইবমলে); পন্দোল য়ৌনা মখা তানিংঙাই লৈতনা খন্দুনা শেমখ্রবা, চেকশিন্না আইন ওইনা মমি তাপ্রবা কোর্টকী চাকচা ফীজেৎ-লোনচৎ-শাজৎনা (ভাবতকী) অঙম অথৌ অমদি মখোয়গী ইমুং মনুংগী য়ুম্বান কৈবান, ফীজেৎ চাকচাবু পামহনবা পোক্লা চিংশিল্লি। কলিকট ফাওনা, খাদা লৈবা বাহমলি লৈবাক্লা ইবানগা হাকথেংননা মবী লৈনবমই।

ভাবত্তা অহোংবা কয়া পুবকখি, অনৌবা ৱাখল ইথিন্না আর্ট, খুৎশা হৈবা অমদি কলচবগী তোঙঙান তোঙঙানবা মখল মথেল কয়াদা থৱাই হাপ্লমই অমসুং থোয়না নৌহৌনবমই। শেমগৎ শাগৎপগী হৌগৎলকপদা, লৈজবা পাঙ্গল, শক্তি অমদি শেমগৎ-শাগৎপগী হৈ-শিংবা পূম্বা মাংখ্রবা, কনশিল্লবা চেকপন মনুংদা লেংদনা মঙম শাম্না লৈববা থায়নগী ওইবা মতম কুইববা পৃথিবীগী অবি-অনৌ অনিগী তোঙঙান তোঙঙানবা নম্নাশিংনা অমতা ওইনা পুনশিল্লবদা হায়বিবা ফল অসি ওইখি। ভাবতকী কলচবদি য়াম্না কুইববনি খ্বাইনা পাম্নবক্তবনি। আবব-পার্সিয়াগী কলচবদি মতোন লোম্না ৱাংলুরবনি, আববনা মমিং চৎচবম্বা কুইববা মতমগী অঙকপা, অমদি থৌনা ফববা ৱাখল পূম্নমক্কী মুক্তি চাবা প্রমান কবিমতা লৈত্রে।

বাবব মীনা নুংশিবা মিত্তানি, মতমগা চান্নবা নিংথৌমচানি, মথৌনা ফবা, খুদোংথিবা কয়া লায়না ময়োক যাবা, আর্ট অমসুং সাহিত্যবু পাম্বা, নুংঙাইবা তক তহেনবা য়ুম্বান কৈবান পাম্বা নিংথৌমচানি। মহাক্কী মগুনিপা আকবববুনা হেন্না মীনা নুংশিবা হেল্লি, আকববনা হেন্না মগুণ লৈ। থৌনা ফবা অমদি ইবাই লায়থোকপা, মতিকচাবা জেনবেল অমা ওইব পুকচেন চাওবা মীনুংশি চাওবা, ফীদম্নফম অমা ওইবা আশা চাওবা, থবক্কী মী অমা ওইব অসি পুম্বগী মথক্তা মহাক্কী তুংইনবা লোযইন খমইনাশংনা য়াম্না নুংশিনা লুনা তৌবা লুচিংবা নিপা অমা ওইবমই। লাম্নী অমা ওইনা ভাবতকী অয়াম্বা শকক মহাক্লা জয় তৌখি, মসিদগী হেন্না পাক্লা শন্না মহাক্লা জয় তৌনিংলমই হায়বদি মহাক্লা মীওইবগী থম্মোয় অমসুং ৱাখলবু জয় তৌনিংবা মিৎয়েংনা য়েংশিল্লমই। মহাক্কী কোর্টতা যাওবম্বা পর্টুগীজ জেসুইটশিংনা হায়নবা লৈ, "মহাক্কী অপাম্বা মিংয়েংদি হেক য়েংথোকপদা, নুংশা থোকপদা সমুদ্রগী ইমাইদা ইথক (লেপ্পা লোযবা লৈতবা ইথক) কাবকপগুমই। মতম অমদা, অমতা ওইনা পুনবা ভাবতকী মহাক্লা মংলম্বা মং অদু হৌজিক তাইবং ফাওবমই; বাজনিতি অমদি লৈঙাক শাসনগী মকাদা পুনবতা নত্তনা হকচাং অমদি ইন্দ্রি ময়াম পুনবগুম পুনশিল্লমই। ১৫৫৬ তগী চহি য়াঙৈখোম চুপ্পা মতম

কুইনা মহাক্না পাল্লম্না অসিদা মসিতনা মাগী লাইনিং ওইরমই। কনা অমগী মথা পোল্লু য়াদ্রবা নাপল কারবা রাজপুত নিংথৌ – অওম্বা কয়া মহাক্না মাগী মাইকৈদা চিংশিনখি। মহাক্না রাজপুত নিংথৌমচানুপী অমা লুহোংদুনা লৌখি; মহাক্কী উত্তবাধিকা ওইবা মচানুপা জহানগীব মোগল অমসুং বাজপুত মুকশন্নি। জহানগীবগী মচানিপা সাহজহানসু বাজপুত মমানা পোকপনি। টক্কোং-মোগল শাগে অসি টর্ক-মোগল ওইবগী মহুত্তা ভাবতকী মীদুম ওইশিল্লকলে। আকববনা রাজপুতশিংবু য়াম্না থাগৎলমই, মখোয়গা মরী মতা ওইনিংলমই; চাবোন মৌবোন্নদুনা অমদি অতে পোলিসি কয়ানা বাজপুত নিংথৌশিংগা মবাপ শান্নবমই; মসিনা মহাক্কী সম্রাজবু হেন্না থোয়না কনশিনহল্লমই। মোগল, বাজপুত অনিনা খুৎশম্নদুনা নিংথৌবেন কয়া চখবকপনা লৈবাক ব্রায়েন, শাসন, লাম্নীগী ফীবম কলহনবতা নত্তনা আর্ট কলচব অমদি হিংদুনা লৈবগী হীবম কযাদা চাওখৎহল্লমই। মোগল অওম-অথৌ পুম্নমক ভাবতকী ফীজেৎ-চাকচা লিচৎ-শাজৎ লৌবমই; বাজপুত অমদি অতৈনা পার্শিয়ান কলচরবু পাম্না লৌনবমই।

মী পুম্নমক আকববনা মাগী মী ওইহল্লমই, মাগী মনাক্তা থনমই; তৌইগুম্বসুং আকববকু মীবৈবাক মচা লৈবাক জয় তৌবা লাকপনি খন্দুনা মাগী মথা পোন্দুনা লৈগদবগী শকক্তা জঙ্গলদা কোয়চেন চেন্দুনা লৈবনা থোয়না হেন্না পামজবা বাজপুতনাগী মনুং চনবা মেবাবগী নিংথৌ বাণা প্রতাপকী লাক্ক ফানবা ঙমদ্রবা চাওথোকলবা মবিংজেলবুদি আকববনা খুদুম চনবা ঙমখিদে।

মহাকপু লুনা তৌবা মহাক্না হাযবা ইনবা মতিক মথৌনা লৈবা মী কাংলুপ অমা আকববনা মহাক্কী অকোযবদা লৈহল্লমই। মখোয়গী মবক্তা মকওইনা মমিং চৎলবা ফৈজি অমসুং অবুল ফজল মচিন মনাও, বীববল, বাজা মানসিং অমসুং অব্দুল বহিম খাননি। ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মীওইশিং, অনৌবা ব্রাখল পুথোকপা কাংবু অনৌবা লৈবমদবা পোৎ পুথোবকপা মী পুম্নমক্কী তিনফম ওইবমই মহাক্কী কোর্টনা। ব্রাখল খন্থবদা থাংবা কনবা, ধর্ম্ম পুম্না অমদি ধর্ম্ম পুম্নগী পাওতাকশিংবু মহাক্না অশুকমতিক যৌগৎলমই, মদুনা ধর্ম্মদা চেৎনা চৎচবা মুশলমানশিংবু অশাওবা পোকহল্লমই। ধর্ম্ম পুম্নমক পুনশিল্লগা মতমগা চানবা ময়ামগী ওইবা ধর্ম্ম অমা পুথোক্লবা মহাক্না হোৎনবমই। হিন্দু অমসুং মুশলমানগী কলচবনা পুনশিন্দুনা অবাং থংবা ভাবত্তা মতম শাংনা লৈবম্বসি মহাক্না পানবা মতমদনি। হিন্দুগা চান্নবা অদুক আকববনা মুশলমানগসু চান্নবমই। ভাবতমক্কী ওইনা মোগল শাগৈনা মবা চেৎনা পানখি।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## তরাশুবা তাংকক

# কল মেচিন পুথোকপদা অমদি শেমগৎ-শাগৎ শক্তিগী মরমদা এশিয়া ইউরোপ চাংদম্নবা

আকবব অসি অঙকপনি মিংনা উদবা অমদি অউবা, লেংদ্রবা অমদি মতম খবগী ওইবা পোৎকী মতাংদা কন্না থিজিন্নবা লাক্লবমই। ইঞ্জিন — মেচিন শাবদা মকওইনা লানগী বিজ্ঞান্দা মথৱাই য়াওরমই। লানগী শামুবু মহাক্না মকওইনা ৱাংনা থাগৎলমই; শামুশিংনা লান্‌ফমদা মকওইবা শকক য়াবমই। মহাক্কী কোর্টতা লৈবম্বা পর্তুগীজ যেসুইটশিংনা ঐখোয়দা হায়, "পোৎ কয়াবু খংনবা লাক্লবদা মহাক্না মথৱাই য়াওবমই অমসুং তাবমই অমদি মহাক অসি খ্বাইগা মায়দবমখৈ ঙকই; মিলিটবি অমদি বাজনিতিবু যাম্না কুপশিন্না খংবতা নত্তনা খুৎশু খুৎলায় শীজিন্নবসু কুপ্না খংলম্মী। খংনিংবনা হেঞ্জিলক্লুনা, অবাম খৌবাংবনা তুহৎলবা মীনা চানবা পোৎপু লাম্মনখিদুনা পেকনম-পেকনম নম্বগুম, পুন্নমক মহাক্না অমুক্তদা খংগদৌবগী

খোংনা থোংনা থোকলদুনা, মমাংমক্তদা মহাক্কী মিৎয়েংগী মমি তাববা, থৌদোক কয়া'মা মহাক্না পায়খৎলক্কদ্রা হাযববসু, ওহ্লোকপা মতাংদা মফম মতম ইচা চাদনা মাগী হৌনিংবদু খুদক্তা মাংখি; মসিসু খ্বাইগা মান্নদবা মবিং মবাংবা অর্মনি। মোগল শাগৈদা ওখাক চাওজবা নিংথৌবেল অমা ওইনা খ্বাইদগী হেন্না কলেজা লৈজববসু, পাকচাওববা সম্রাজ অমগী মতিক-মযাইনা কংফান্দা শক্তি লৈজববসু মহাক ঈশিংলমদা মপাঙ্গল অমতা লৈবমদে। ১৪৯৮ দা কেপ লোমদা লাক্লুনা ভাস্কো ডি গামানা কালিকাৎ য়ৌবকখি; ১৫১১ দা আল্বুকার্ক্কা মাক্কা খুদুম চনশিন্দুনা ভাবত মহাসাগবদা পর্তুগীজগী ঈশিংগী শক্তি (পাঙ্গল) পুশিল্লকখি। ভাবতকী নোংচুপ তোর্ব্বান্দা লৈবা গোয়া পর্তুগীজগা মায়োক য়ানখিবা লৈতে। সমুদ্রগী লম্বীদা মক্কা তান্না চৎপা ভাবতকী যাত্রীকশিংগী মবক্তা নিংথৌ নিংথৌবেল অমদি অঙম অথৌশিংগী মবিমত্তা ইমুং মনুংগী মী কয়া য়াওবম্মী; পর্তুগীজশিংনা মখোয়বু লুট তৌদুনা অপনবা খুদোংথীবা কয়া থোকহনখি। কংফান্দা আকববনা মপাঙ্গল-মথৌনা লৈজববসু ঈশিংগী মপুদি পর্তুগীজনা ওইবম্মী হায়বসি অচুম্বমল্লি। অওইবমক, ভাবতকী লমদা, চাওবা অমদি মকওইবা শিনফম্না সমুদ্রগা ঈশিং লম্বীবু খুদুম চন্না মমাংঙৈদা থম্নবম্নবসু, মহাদেশকী শক্তি পায়বা মতাংদদি সমুদ্রগী শক্তি খুত্তা পায়বনা ওইবমদে হাযবসি খংবদা লুনা থোক্তে। পাক-চাওববা দেশ অমা আকববনা জয় তৌবা তাবমই; তৌইগুম্বসুং পর্তুগীজ মায়োক্লনবা মতমদি লৈবমদে; কাংখদা লিন চংবা, খুজিন্দা তুম য়ুবগুম মঙোন্দা ৱাইচিনবা কয়া পীববসু পর্তুগীজনা মায়োক্লবনা মক ওইর্বনি হায়না মহাক্না খল্লমদে। জহাজ শাবগী মরমদা কবিগুম্বদা মহাক্না খনখিদর্বদি নত্তে, খনখি; অদুবু মদু, অদুক মতম লেন্নবা খনখিবা হায়বদুনি, জহাজগী পাঙ্গল হাপকৎনবা ঈশিং-শক্তি চাওখৎনবা কন্না খন্নখিবমক নত্তে।

নোংমৈ, বম, তোপকী মতাংদা, ওটোমনগী দেশতগী লাকপা টর্কশিং অমদি মীবৈবাক্তগী লাকপা খুৎশা হৈবা কাংবুবুনা মতম অদুদা ভারত্তা লৈবা লৈবাকশিংনা অমদি মোগল লাম্মীশিংনা, হেন্না লুনা তৌবমই, থাজনবমই। বম, তোপ, নোংমৈ শেম্বা-শাবদা (মাষ্টব) খুৎলোয়রবা মীশিংদা বোমী থান হায়বা মিংথোন পীরমই; — বোম হায়বদি ৱোমগী নোংপোক থংবা শরুক — কনষ্টানটিনোপলবু খংনবমই। বিদেশতগী লাকপা মখুৎ মশা হৈবশিংনা লৈবাকসিগী মীশিংবু তম্বীরমই;

আকবর অমদি অঁতে কনাগুম্বনা মাগী মাগী মীশিংবু মঁহে মশিং তমলুনবা রিসার্চকী থবক তৌবদা চাওখৎনবা মপান লৈবাক্তা করিগীদমক থানরমদ্রিবনো, অদুগা পুক্লিং থৌগৎপীরমদ্রিবনো ?

অদুগা পনবা য়াবা মতাং অমনা, যেসুইটশিংনা ছাপা তৌরবা বাইবল অমা আকবরদা কৎলমই; অদুগা ছাপা তৌরবা লাইরিক অতোপ্পা অমা অনিসু য়াওরমই। মপান নাইদ্রবা মহাক্না পায়খৎলকপা থবক্তা অমদি লৈঙাক সাসনগী মতাংদা অঙকপা ফংনা মঙোন্দা কান্নরগদবা ছাপা তৌবগী মরমদা মাগী মপুক্লিংদা লাংতক্লবা পোক্ত্রিবা করিননো ?

অদুগা ঘড়িগী মতাংদা ঃ মোগল অঙম অথৌশিংনা ঘড়ী য়াম্না পাম্লরমই; ইউরোপতগী পর্তুগীজশিংনা, মঁমৈথংদা ইংলিসশিংনা ঘড়ী পুরকলমই। ইনাক খুনবশিংনা মখোয়বু অকে-অমৌগী পোৎ ওইনা শীজিন্নরমই; সাধারন মীশিংনা নুমিৎকী মঙাল, লৈঙোই অমসুং ঈশিং-ঘড়ী শীজিন্নবদা অদুম পেঞ্জরম্মী। স্প্রিংগী ঘড়ীশিং অসি করম্না শারিবনো অদুগা ভারত্তা করম্না শাহনবা য়াগনি হায়বা খংজিনগে হায়না কনামতনা হোৎনরমদে। ভারত্তা য়াম্না কুপ্পা হৈ শিংবা খুৎশা হৈবা মীশিং কলাকারশিং কয়া লৈরমই অদুবু মেচিনগী মতাংদা হৈনিংবা খংনিংবা লৈতবসি মরম খংনিংঙাইনি।

মতম অসিদা শেমগৎ-শাগৎপগী শক্তি, অনৌবা পুথোকপগী সমস্যা ভারত্তদা নত্তনা অঁতে লৈবাকশিংদসু খন্নরমদে হায়বা ময়েক লানা উই। ময়াইথংবা এশিয়া অমসুং নোংচুপ থংবা এশিয়া অপুম্বদি খ্বাইদগীসু হেন্না নংলমই। চীনাগী মরমদা ঐহাক মুন্না খংদ্রে; অদুবু অসুম্না লৈবাক খুদিংদা খন্নবা লৈতনা তুমিন তুমিন লৈনরম্বগী লাইনা চীনাদসু থোক্তবা নত্তে। মতম অসিদগী খরা ঙনখলপ তৌনা চীনা অমসুং ভারত লৈবাক অনিদা বিজ্ঞানগী থবক পুবা লোইশং অয়াম্বা শীংথানবা য়ানা চাওখৎলমই হায়বসি (নিংশিংবা য়াই) নিংশিংফম থোকই। জহাজ শাবা পাক্লা-শন্না সমুদ্রগী লম্বীদা চত্তুনা লল্লোন ইতিক তৌবনা খুৎশা হৈবা মেচিন শাবা শেম্বগী থবকপু নমদুনা তকশিল্লমই। লৈবাক অনিসিগী মনুংদা অমদি করিগুম্বা লৈবাক অমদা মেচিন-ইঞ্জিন শেম্বা-শাবগী অথোয়বা মকোক ওইবা মফম, মতম অসিদা শুকলৈ লৈবমদে হায়বসি অচুম্বনি। তরামঙা শুবা খৃষ্টাব্দদা লৈবম্বা পৃথিবীগী শক্তম ফীবম অসি, খন্নবিবা মতাং অসিদদি মতমদুগী মমাং চহি লিশিং অমা নত্রগা অনিদা ওইরম্বা পৃথীবীগা অদুক হাক্লা খেৎনরমদে।

বিজ্ঞান্না থবক্কী লমদা শীজীন্নরকপা হৌবকপগী অহানবা শরুক্তা খরমঁখে চাওখৎলম্লবা, মধ্য যুগকী চাওখৎনদ্রিঙৈ মতমদা, ইউরোপ্তা ইহান হান্না জ্ঞানগী লমদা খুমাং চাওশিন্না চংসিল্লম্লবা, আরব জাত্তিসি করিসু কান্নবমদে, শোৎথরমই। তরেৎ শুবা শকাব্দিদা, আরবশিংনা ইহান হান্না ঘড়ী (অচৌবা ফক্লাং ঘড়ী) শারমই হায়নৈ। ডাম্‌সকাসতা অফাওবা মমিং চৎলবা ঘড়ী ইঁরে লৈরমদবা ইউরোপকী লৈবাক কয়াদা শিনফমসিদা খুমাং চাওশিল্লম্লবসু আরবনা চাং তাথরকপগা লোয়ননা ঘড়ী শাবগী থবকসু মাংথরকখি।

কেম্ব্রটনগী মমাং য়াম্না হান্না, স্পেন্দা লৈবা মুরিস্ আরবশিংনা উনা উফম শাদুনা ছাপা নম্বা হৌখি।* অফিসকী হুকুম কবি লৌনবগীদমক ষ্টেট অসিনা থবক অসি পায়খৎলমই। মফম অদুদা চথবা ছাপা নম্বগী থবক, উফম শাদুনা শীজিন্নরম্বা অদুদগী হেনগৎনা চাওখৎপা মওংদা চথরমদে; মঁমৈদদি মদু ফাওবা শিথরকখি। মখোয়গী ওইবা ছাপা নম্বা লাইরিক কয়া অমা ইউরোপতা থোরকলবসু ইউরোপ অমসুং নোংচুপ এশিয়াদা মতম শাংনা মকোক ওইবা মুশলিম শক্তি পায়বা ওইনা লৈবম্লবা ওট্রোমেন টর্কশিংদি, চহি চা কয়া চুপ্পা ছাপা নম্বগী থবক, শুকখং খংলমদে। মসিগী মরমদা মখোয়না খংনফমদি থোকই; অদুবু থৌদাং চাওনা পুথোকইবা ছাপা নম্বা অসি শীজিন্ননিংবা অপান্বা-ইথিন অমদি মখোয়দা ইৱাৎ ৱাৎলমই। মখোয়গী শেংলবা ধর্ম্ম লাইরক কোরান ছাপা তৌববু অমাংবনি হায়না লৌবনা, মসি খবমঁখেদি ধর্ম্মগী লমদসু তাযওন্ননা থোকই। (চেনা খববু ছাপা তৌরুরবদি) ছাপা তৌরবা চেনা খবদু শীজিন্নবা য়াদ্রে নত্রগা মদু খোংনা নেখৎলি নত্রগা ফত্ত হৌদি হুন্দোকফমদা হুন্দোকই। ইজিপ্তা ইহান হান্না ছাপা খানা হৌদোক্লম্বদি নেপোলিওননি; মফম অসিদগী মথং মথং খোংলৈ তপ্পা অঁতে আরব লৈবাকশিংদা শন্দোকখি।

হৌখ্রবা মতমদা মতিং উৎখিবনা এশিয়ানা য়ামফক তাদুনা লেংঙম-সাঙমদনা লৈবা মতমদা, হীরম পুম্বদা শোত্থৌরবা ইউবোপদি মশীং লাকঙমদ্রবা অহোংবগী থোংজিন কয়াদা চংথোক চংশিন তৌবমই। মথৌনানা লাইবক চাং য়েংবসিংবু

সমুদ্র লাম্না থাদুনা, ৱাখল খনবা কাংবুবু অনৌবা ওইখিদ্রিবা মতাংদা ৱাখল চিংশিন্দুনা, অনৌবা লিচিং, অনৌবা য়াওন্না, অকনবা থবক পায়খৎহল্লমই। তরামবিশুবা খৃষ্টাব্দদা লৈরম্বা পণ্ডিতশিংনা বিজ্ঞান চাওখৎনবা কবিমতা তৌরমদে; বিজ্ঞানগী লমদগী মতমদুগী মীশিংবু লাপথোকহল্লমই; বিশ্ববিদ্যালয়শিংদা চৎনরম্বা মীওইবগী লমচৎ-শাজৎতা মরুওইনা নৈনবা মহৈনা, নিংথিনা খংনরবা বিজ্ঞানগী ৱাখলবু শন্দোক্লমদে। কোপর্নিক্স, গেলিলিও অমসুং নিউটননা হায়ববা ফাওবদা, লোয়ননা, য়াম্না ফরবা টেলেস্কোপ শারবা ফাওবদা ১৮ শুবা খৃষ্টাব্দগী ময়ায় চনশিল্লক্লবা ফাওবা লাইরিক লাইশু হৈববা ইংরেজীশিং অয়াম্বনা পৃথিবীনা লৈন লৈন নুমিৎকী অকোয়বদা কোয়না চৎলি হায়বা থাজরমদে হায়না হায়নৈ। গ্রীক অমসুং লেটিনগী অরিবা লাইরিক লাইশুদা মচু শংলবা কাংবুনা, সৌবজগৎকী ময়াইদা পৃথিবীনা লৈ হায়বা পোলেমীগী মতপু থাজনা লৌনরমই। ১৯ শুবা খৃষ্টাব্দগী মকোক ওইনা ফাওববা ইংবেজী ষ্টেটমেন্ট, মিষ্টর ডবলিউঃ ইঃ গ্রেডষ্টোননা জ্ঞান ফনা লৈদুনসু বিজ্ঞানবু ভাব তারমদে, খংজিনবসু পামলমদে। বিজ্ঞানগী পথাপপু করিমতা খংদবা ষ্টেটসমেন অমদি সাধারণ মীওই কয়া অমা ঙসি ফাওবদা লৈবগুম তৌবি; মশীং লাকঙমদনা মী হাৎনবা অমদি মাং-তাকহনবগী থবক্তা মখোয় মশামক্তা বিজ্ঞানবু শীজিন্নরি।

অদুম ওইনমক, তবামবিশুবা খৃষ্টাব্দদা লৈবম্বা জ্ঞানীশিংনা, থায়নগী ওইবা কুইববা য়োক্লিং ফলাং চন্দুনা ইউরোপতা লৈবম্বা মীশিংগী ৱাখলবু, নাম্থোকহন্দুনা জ্ঞানগী অনৌবা মণ্ডাল পীবমই, খ্বাইনা য়ানবমলবা ৱাখলনা (ভাবনা) শাবা ৱাখলগী মূর্ত্তি কয়া অমা থুগায়বমই। শকক খবদা ওইববসু অমদি নাকোইননা ওইববসু অসুম্না অচুম্বা লম্বীদা পুশিল্লমইবসি তবামবি শুবা খৃষ্টাব্দদা লৈবম্বা জ্ঞানীশিংগী মপান্নান অদুগা মসিমক্তা পোৎশক্তা কুপ্পা থিজিনবগী অনৌবা ইথিল্না অসিগুম্বা ৱাখল পোকহল্লমই; হান্না লৈবম্বনা চুমই হায়না লৌনবম্বা হান্নগী শক্তিবু মুকপদ নত্তনা শক-নায়দবা মওং সাকশিনঙমদবা পুন্নিংবা মওংদা লম্ফাংননা পুবা ভাবনা শাবা ৱাখলবুসু মুকনবি। ফ্রেন্সিস বেকন্না ইবমই, "মীওইবগী শক্তিগী পাঙ্গল ফংনবা লম্বীগা মীওইবগী অচুম্বা ৱাখল তান্নবা লম্বীগা অনিসি পুন্না নকশিন্ননা চৎমিন্নৈ, অমবোমদা অনিসিমক মসা অমতনি; অদুম ওইনমক ৱাখলনা য়ানিংদবা যুম্নাল কৈবালগী মচু শংলবা হৈনবীনা পোকহনবা, ভাবনা শাবা শঙম লৈববসু, থবক ওইনা তৌবদা, ওইবা য়াবা ৱাখলগী লিচিংনা মপুং ওইবা যুম্ফমদগী হৌবা অমসুং চথবকপনা থোয়না হেন্না শোযদবা ওইগনি; মমুৎ তানা খন্দুনা লেপ্পবা অচুম্বগী শককপু অবেপ্পা ওইনা থম্নবা, চাজুম নম্নবা মোহব (সিল) দি থবক্কী লমদা পাযখৎলকপা শকক্তা ওইহনসি।" অদুগা মমৈথংদা তবাতবেৎ শুবা খৃষ্টাব্দদা সার থোহমাস ব্রআউন্না হায়বম্মী, "য়েক্লবনা খ্বাইদগী তমথীববা মখলগী অশিবগী খবাও তাববদা মঙোন্দা লাকপা জ্ঞান, অচুম্বা লম্বীদা চংশিল্লক্লবা খ্বাইদগী চাওববা থৌদাং, মখোয় অসি, শক্তি পায়বা অঙম্বদা, য়ানিংদবা অয়েৎপা ৱাখল য়াওদনা, নপশিল্লকই। অসুম্না মকওইনা, নিংশিংবা থোক্তনা কুইশ্রবা মতমদা হায়বম্বদুবু ঐখোয়না থাজবা তাবনি। মরম'সিনা (তৌবা ঙম্বা শক্তি খুদিংমক্তা লৌনবকপনা) হৌপ্রবা যুগকী থৌদোকপু হৌজিক্কী যুগকী মী অয়াম্বনা অসুম্না ভাবনা শাদুনা থাজনৈ লৌনৈ মদুদি মতম অমগী থাজবনা অতোপ্পা অমা অমগী মবম চাববু লাযনা নমহৎলি। মতমদুগী মীওইশিংদি ঐখোয়গী মতমগীদগী, তশেংনমক, ওহ্লোক্তা থাপনা লমশানগ্রে; মতম অদুদা লৈবম্বা শামান-লেংমায়বশিংনা অমদি মতম অদুগা হকথেংননা হৌবকপা মীহুৎ শিল্লকপশিংনা লাকশিনবা ঙমখিদ্রবা ঐখোয়গদি শুকথেং থেংনহৌদ্রবা মখোয়না তৌবম্বা থবকশিং অদু হৌজিক্তি মিহৌবগী ৱাংমদা ওহ্লোক্তা থাপতোকগ্রে; হৌজিক্কী মতমদগী হেন্না হেন্না লাপথোকপ্রবা কুইপ্রবশিংদুনা অচুম্বা পনখৈ নকনা নক্তা চংশিল্লকপা হেল্লি হায়না খন্নবম্মী। ঐখোয় ইশাবু ঐখোযনা খংনা উনা শেবান্ননা লমজিংলে, অচুম্বগী লম্বীদগী থাপতোকনা লাপ্পা ঐখোয়না চৎলে হায়না ঐহাক্তা হৌজিক খল্লে।"

আকববগী মতমদি তবাতকক শুবা খৃষ্টাপ্দনি. মতমদুদা ইউরোপতা শক্তিগী অহোংবা লাকপদা মগুইবি, মীওইবগী পুন্সিদা অচুম্বগী লানজং চংশিল্লকপদা মগুইবি। অসিগুম্না খোংচৎনা ইউরোপনা অহানবদা তপ্পা তপ্পা চংশিল্লকপনা, মমৈদা তত্তনা কনশিল্লকপা খোংজংনা তবামাপল শুবা খৃষ্টাব্দদি মাংথানা চেনশিল্লক্লুনা অনৌবা পৃথিবী অমা শেমগৎখি। ইউরোপ্পা প্রকৃতিগী খুদোংচাবা লৌদুনা প্রকৃতিবু নৈখাযবকপা মতমদা মশাগী লৈজবা পাঙ্গল শক্তি লৈন লৈনা তৌবা ঙম্বা মশাগী মাতং ফুদোক্লুনা, মহৌশাদগী লৈজবকপা কুইববা চৎনবোনগা লোযননা এশিযানা মীওইবগী মশাগী নোম্বা কনবা অমদি হোৎনজববু থাজনা অসুম চথবকই।

মসি অসুম্না করিগী ওইখ্রিবনো ? অমতা ওইবা পাওখুমগীদমক্তি এশিয়াদাকা হেন্না চাওমল্লকপা, শরুক কয়ামরুম থোক্লা খায়দোক্লবা মফম অমনি। চীনা অমদি ভারতবর্ষগুম্বা, থোয়দোক হেন্দোক্লা পাক চাওরবা দেশিসিংদি দেশ অমমমতগী ওইনা তোঙ্ঙান তোঙ্ঙানবা য়েংশিনফম থোকই। ইউরোপ্তা লৈবা লৈবাক অমদগীদি, মতম অদুদা অমদি মতুংদা চীনাদনা তশেংনমক কলচর তৌবা হেল্লমই লোয়ননা চীনাদা লৈবা মীনা থোয়না হেন্না চাওখৎলমই সভ্যতা ওইরমই। মপানগী ওইবা মিৎয়েংদা, অফাওবা অদালততা নত্তনা চাওখৎলবা লল্লোন ইতিক, খুৎশা-হৈবদা ভারতনা নিংথিজরবা শক্তম অমা উৎলি। হীরম কয়াদা ইউরোপ্তা লৈবা লৈবাকশিংদি য়াম্না হন্থবা থাক্তা লৈবা ওইনা উই; অমদি মতম অদুদা ভারতবাসিশিং লম য়েংবা চৎলুবশিংগী মিৎয়েংদা মপুং মঁরে ফাদবা ওইনা উরমই। অদুগা ইউরোপ্তা চৎনবম্বা লফুগী গুণ অদুগুম্বদি ভারতবর্ষদা শুকচৎপু চাংনরমদে শুকঁলে লৈরমদে।

মপান্দা কায়থরকপদগী মনুংদগী শোয়থরকপনা হেন্না সভ্যতাগী অকায়বা ওই। মসিনা সোয়থরকপসি মরুওইনা মশানা লেপ্পা ঙমলক্তবা অমদি অহোংবা নায়বা পৃথিবীদা চান্নরক্তবননি; নত্রগা মসিগী মহৎশিল্পিবা মীশিংনা গুণদা ময়েং তারকপা লোয়ননা মতম শাংনা, মতিক চানা মথৌদাং পাংথোকপা ঙমদবননি। মসিসু ওইবা য়াই মদুদি চাওখৎ থৌরাংগী থোংচৎপু কা হেঞ্জিন্না থিংজিনবনা সমাজগী কলচরবু মাংথহল্লি; অদুগা অসিগুম্বা অথিংববু লৈহন্দ্রবতদা চাওখৎ থোংচৎনা চথরক্কনি নত্রগা কলচরগী মশা ওইবা তোঙ্ঙান তোঙ্ঙানবা মক ওইবা গুণগী শরুক হাপচিল্লক্লবতা চাওখৎপা ওইগনি। ডর্কীস অমসুং অফগান্না লান্দারক্লিঙৈ মমাংদা ভারত্তগী সভ্যতা মাংথরকলম্মী হায়বসিদি তশেংনা চুল্লবনি। হান্না লৈজরম্বা জ্ঞানগী লিচিং কায়হনবা অমদি অনৌবা লিচিংগী মপাঙ্গলবু লমঁফে অমদা চৎহনখিবনা অনৌবা লান্দারকপশিং অমদি মখোয়গী অনৌবা ৱাখলগা হান্না লৈজবম্বা ভারতকী লিচৎ শাজৎকী জ্ঞানগা অমতা ওইনা তিনশিন্নখিবনা সমাজগী অনৌবা মওং অসি থোকহনখ্রিব্রা ?

মসি খর মঁখেদি থোকখ্রবমকনি, লোয়ননা কলা, খুৎশা হৈবা, লাইয়েকপা, ঈশৈ অমদি পুন্সিগী শাজৎ-লিচৎ হোংহনখ্রবনি। অদুম্নদি ওইরগা অসিগুম্বা ফীভম অসি মরা চেৎশিনহনখিবদি নত্তে; হেঞ্জিল্লবসু হেঞ্জিন্দ্রবসু মখোয়সি মপানতগী ওইনা তৌরমই; মহৌশাগী ওইবা ফীবম ইকাই কায়দনা সবজেক্ট কলচরদি অদুম মঁরেরমই। মতাং খবর্দদি মবি খজিক কনশিলহল্লমই। আফগানশিংদি চাওখৎপগী অনৌবা মচাক করিমতা পুশিল্লকখিদে। চাওখৎত্রবা থায়নগী ওইবা জাত্তি অমদি লৈবাক ঙাকলোনবু মখোয়না উৎলমই। ইউরোপতা চৎলম্বা, নিংথৌ অমদি লৌমীশিংগী লৈনবম্বা মবী-লৈঙাকলোন অদু ভারত্তদি লৈরমদি; ভারত ঙাকপদা মরুওইবা থৌদাং পুবা রাজপুত জাৎকী মরক্তা তোঙ্ঙানবা তোপ তোপ্পা লৈঙাকলোন অমা চৎনরমই। মোগলশিংগী লৈঙাকলোন্না ফ্যুডেল সিস্টেম খজিক চংলবসু খ্বাইদগী মকোক ওইবা নিংথৌদি লৈবমই। ফ্যুডেল সিস্টেমগী মমি খজিক তারবসু রাজপুতনাদা নিংথৌ পানবনা মরুওইনা নমই।

আকবরগী অপান্বা খংজিন্নিংবনা সমাজগী অহোংবা পুনিংলমলবা লোয়ননা মহাক্লা পৃথিবীগী অঁতে মফমশিংদা করি চৎনরম্বগে হায়বদু পুথোকনিংলমলবদি, সমাজদা অহোংবা অমা পুবক্লবা মহাক্লা য়ুম্ফম সেমলমগদবনি। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মাগী সম্রাজবু মরা চেৎহন্নবা হোৎনবদা য়াম্না মথৌ চিল্লমই; ভারত্তা চৎনরম্বা, ভারতবাসিশিংগী ধর্ম্ম অমদি চৎনবীগা ইসলামগা অঁতে ধর্ম্মগা করম তৌনা পুনশিনহন্দুনা অমতা ওইবা জাত্তি অমা শেমগদগে হায়না হোৎনবনা মহাক্কী অচৌবা মথৌদাং অমা ওইরমই। ময়াম্না য়ানবা মওংদা ধর্ম্মবু অর্থ তৌনবা মহাক্লা হোৎনরম্মী; লোয়ননা মতম খরদি ভারতকী ওইরিবা শক্তমবু মহাক্লা কাওবা য়াররোইদৌবা মওংদা অহোংবা অনী পুবকলমই। তৌইগুম্বসুং মফম খুদিংদা মদু হেক ওইহনবা য়াদবনা মহাক্লা খুদক্তা অহোংবদু পুথোকপদা মমাই পাকখিদে।

অসুম্না আকবর ফাওবনা ভারতকী সমাজগী চৎনরোলনা অহৌবা ওইনা অহোংবা পুবকপা ঙমখিদে; অদুগা মহাক্কী তুংদা অসুম্না খুৎথাং কয়ারক, হোংহন্নবা হোৎনখিবা ৱাখলগী লাম্ছেং অমদি হোংহন্নিংবা ফীবম মতোমদা মুচখি লোয়ননা ভারতকী মহৌশাগী ওইবা পুন্সিগী লিচৎ শাজৎ অমুক হঞ্জিনখি।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## তরামাথোইশুবা তাংকক

# অপুন্বা কলচরগী চাওখৎপা

তুংদা পাল্লবা মহুৎশিনবশিংনা মতিক চাদ্রবফাওবদা আকবরনা অসুক্কী মতিক নিংথিজনা শেমগৎ-শাগৎপীরমই মদুদি মহাক্না শাগৎলম্বা অচৌবা ফুরা দলান কয়া মাগী তুংদা চহি ১০০ রোম করিমতা তৌদনা কায়দনা লৈখি। মোগল-নিংথৌ খুদিংগী হাক্তক্তা নিংথৌমচা মশেল সিংহাসনগীদমক অমগা অমগা লান শোক্রবনা মকোক-মরা ওইবা শক্তিবু শোষ্ছহনখি। অদুমুদি ওইরগা অদালত কোর্টনা মপাঙ্গল কন্না শাংথনা লৈখিবনা চাওরবা মোগল সম্রাটশিংগী মিৎনা এশিয়া অমদি ইউরোপ শিনবা থুংনা পাক চাওনা শন্দোকখি। ভারতকী লিরবা ফীদম্লফম ওইরবা খুৎশা-হৈবগী শক্তমগা লোয়নরবা, নৌনা-ইনৌদা নৌরবা অমদি চাং অমতা ওইনা শরক হোদনা লেমলবা ফজরবা ফুরা দলান কয়ানা আগ্রা অমদি দিল্লিদা ঙাম্বোইরি। ভারত-মোগল অনিগী অপুনবা খুৎশা হৈবগী শক্তমগা খা মাইগৈদা লৈরিবা মম্বুরক্লবা, কা হেন্না চাওরবা লৈজবা থানা হকখোৎলবা লাইশংসিং অমদি ফুরা দলান কয়াগা হায়বদি খা অমদি অরাং ভারত্তা লৈরিবা ফুরা দলানগী খেৎনবা ময়েক সেংনা লৈরি। মমিং লৈরবা খুৎশা হৈবশিং, ফুরা দলান শাবশিংনা ঙমজবমখৈ অরৈবা থানা শারল্লবা ফজগ্রবা তাজ মহল্লা আগ্রাদা ঙাম্বোয়না লৈরি।

শাগৈ চাওববা মোগলগী অরোয়বা সম্রাট আওবঙ্গজেবনা অসিগুম্লবা চাওখৎ খোংথাংবু নমথনবা লাক্লখি; হোৎনখিবদু অরেম্বা তাখি লোয়ননা লোয়শিনখি। জাত্তিগী মরক্তা তোমথিন ওইনা পোকপা মীকোক থোংবশিংগী খুৎশম্লদুনা চৎমিন্নরিবমখৈ জাত্তি পুম্নমক্কী অমতা ওইবা থবক তৌনবা হোৎনরিবমখৈ অমদি লৈবাক্কী তোঙঙান তোঙঙানবা মচাক কয়া পুনশিন্দুনা চাওখৎ থৌরাং পাংথোক্রবা হোৎনরিঙৈ মতমদা মোগল নিংথৌশিংনা খুৎকন পানগল্লমই। অসিগুম্বা খোংথাং মায়োক্লনা পুম্নমক অসি নমথদুনা ভারতকী ওইবা লৈবাক ঙাকপা অমা ওইবগী মহুত্তা পাঙগুনতগী ওইবা লৈবাক রাযেন অমা ওইনা আওরঙ্গজেবনা চত্থরকপদা মোগল সম্রাট কায়থরকপা হৌখি। আকবরনা পায়খৎলম্বা থবক থৌরম লোয়নমক মহাক্কী তুংদা পাল্লম্বা নিংথৌশিংনা কায়নদা তুংইন্না চত্থরকইবদু শিথরমই; অদুগা আকবরগী পোলিসিনা নমথদুনা, থিংদুনা থনম্বা মপাঙ্গল কল্লবা শক্তি অদু থিংবা ঙমদবমখৈ কনখৎলকখি, লোয়ননা মোগল সম্রাটকা মুক্তরকখি। অনৌবা ইহৌ কয়া হৌরকখি, য়েংবদা উক্রুদ্রবা, শিথরুরবা মজাত্তিবু নুংশিবা ইহৌ ফুদোকনরকখি; মসিগুম্বা ফীবমনা মোগল সম্রাটকা মায়োক্লরকপনা মোগল সম্রাটপু থুগায়বা ঙমখি।

অরাং-নোংচুপ মাইকৈদগী লাকপা লান্দাবশিং অমদি ইসলাম ধর্ম্মগী কল্লবা ইথক ইপোম্না ভাবত তম্না শাফু কন্না রাইশিল্লকপদু মতাং সিদা খন্নবা য়াই। মুখৎপা ঙমদনা কনশিনগ্রবা কাংলুপ খায়বগী রাখল, শোক্ত-পনবা য়াদবা, অতৈগা তিন্নবা য়াদবা অসিগুম্ববু পাম্নরক্তবা রাখলনা হিন্দু সমাজগী মরক্তা লিৎশিল্লক্লে হায়বদু ময়েক শেংনা উৎখি, লোয়ননা থিন্দুনা তাকখি। ইসলাম ধর্ম্ম মখাদা অমনা অমবু মচিন মনাওগুম নুংশিনবা, ধর্ম্ম অসি চৎপা কাংলুপ্পা ধর্ম্মগী মরিং পথাপ্পু চপ মান্নবা থাজবনা অকনবা রাকৎ ওইনরকখি, মরুওইনা হিন্দু সমাজগী মরক্তা খাইনা তোন্দুনা তৌবীবা, অতোনবা শম্ন খোৎনবা য়াদবা ওইনা হম্বনা য়েংবীবা, কাংবুগী রাখলদা চৈথেং কন্না পীখি। অসিগুম্বা ধর্ম্মগী খোংজং অসিদগী অপুম্বা ধর্ম্ম অমা শেমগৎনবা মাইকৈদা তোঙঙান তোঙঙানবা খোংথাং থাংজিন্নরকখি। মফম মফম খুদিং মসিগী মরমতদা খন্ন-নৈনবা ধর্ম্ম ওনবা হৌনরকখি, মরুওইনা বাঙ্গালা লৈবাক্তা লৈবা অতোনবা কাংলুপ্পা খন্ন-নৈনবসিগী লোয়ননা ধর্ম্ম

ওনবদা খাইদগী চাওনা শরুক য়াখি। থাজবা শেংনা হোংবদগী নত্রগা রাজনিতি অমদি অর্থনিতিগী ফীবমনা য়ারক্তবদগী অচৌবা (শাগে-জাৎ অচৌবা) কাংলুপকী মীওই কয়া'মসু অনৌবা ধর্ম্ম অসি লৌনখি। পাল্লি-পাল্লিবা নিংথৌনা চৎপা ধর্ম্ম অদুমক চৎপনা, তশেংনা কান্নবা খুদোংচাবা কয়া ফংহলম্মী।

মফমশিনবা থুংনা ধর্ম্ম-হোংনরকলবা ফাওবদা, লম অসিগী মকোক-থোংবা ধর্ম্ম অমা ওইনা, মখোং চেৎলবা, খাইদগী তোপ-তোপ তাবা, মশা মতোমতনা মপুং ফাজববা অমদি থাজরবা ধর্ম্ম অমা ওইনা মখল কয়াগী ওইবা হিন্দু ধর্ম্ম চথবমই। বুদ্দি লৌশিং লৈবগী মতাংদা অচৌবা কাংলুপকী মীশিংনা চিংনবা লৈতনা, মকোক থোংলমই; ফিলোসোফি অমসুং মেটাফিজিক্সকী মতাংদা ইসলাম ধর্ম্মদি মপুং ফাদে হায়না খন্নরমই। ঈশ্বর হায়বসি অমতনি হায়বা ইসলামগী ঠিওবিনা ধর্ম্ম অসিগী মরুনি, লোয়নননা মোনিজম হৌফম লোয়ফম অমতনি হায়বনা ধর্ম্ম অসিগী ফিলোসোফিগী য়ুম্ফমনি। হায়বিবশিং অসিগী মরক্তা মী খুদিংমকনা মানা মানা পাম্বা লৌনরমই; নত্রগা ময়াগী ওইবা অচম্বা মখলগী লাইনিংবু মী খুদিংনা মশাগী ওইবা লাইবু থাজবা য়াই, মশাবু মশানা থাজজবসু য়াই। নত্রগা থোইদোক হেন্দোক্লা ফিলোসোফিগী মাইকৈদা চংশিননিংলগা মেটাফিজিক্স অমদি অল্লাংবা থাক্তি ফিলোসোফিগী মাইকৈদা চংশিনবা য়াবমই। পুন্না তাবা পাম্বানা, সমাজ অমগী ওইবা অপাম্বগী মখা পোল্লমই; কন্নাগুম্বা খবনা অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎখ্রবসু মদুবু কবিমতা নাচুংবা তৌদনা অমনা অমগী ধর্ম্মদা তুকা থীবা তৌনরমদে। য়াম্না কন্না য়ানবমদবদি য়ুম্বান কৈবান্দা খুৎ থিংজিন্নবনি। তোঙঙান তোঙঙানবা কাংলুপ্পনা চৎনিংবা মওংদা চৎচবা পামলবদি মদু মনিংতম্না চৎপা য়ারমই। মসিমসু মতাং অসিদা খংজিনবা য়াই; ইসলাম ধর্ম্মনা নৌনা চৎলকপদা কাংলুপ ওইনা ধর্ম্ম অসি লৌনবমই; ময়ামগী অপুনবা অপাম্বগী শক্তি মপাঙ্গল যাম্না কল্লমই। মথক থোংবা কাংলুপকী মী খুদিংনা মখোয়গী ধর্ম্মবু হোংবা য়াবমই; লমদম অমদা লৈবা কবিগুম্বা কাংলুপকী মনুংদা চাং খজিক তাথবদি যাওদবা নত্তে; নত্রগা কবিগুম্বা খুঙ্গং অপুম্বা হায়বদি খুন অমদা লৈবা খুঞ্জাপুম্বা অমতা চিথদনা ধর্ম্ম হোংবা য়াদবসু নত্তে। আর্চ্চা পূজাদা খজিক খেৎনবা নত্তনা ময়াম পুন্না হিংমিন্নবা লোয়নননা হিংমিন্নবদা পাংথোকফম থোকপা মথৌ, মহৌশাগুম্না, কায়দনা, অদুম চথমিন্নবমই। মসিনা মবম ওইদুনা পাঙঙনশিংনা তোপ-তোপ্পা মশিঞ্জাং অমদি খুৎশা হৈব-থবক্তা মখোয়গীতা ওইনা তৌবসি, ঙসি ঐখোয়না উবা ফংই। অসুম্না পাক্লা শন্না পুবা লৈবন্নবসু, হৈ-শিংবা খবতা ওইনা লৈবন্নবসু ফী-শাবা কাংবু অসি পাঙঙন হেক্তা ওইবমই। অদুগা শা হাৎপা, খোংউপ লল্লোনবসু হেক্তা ওইবমই। অয়াম্বা মতমদা ফুবিৎ তুবা মখৈসু পাঙঙন ওইবমই। তোংঙান তোংঙানবা মখলগী খুৎশা হৈবা কলাকাবসু পাঙঙন হেক্তা ওইরমই। কাংলুপ নায়না শিন্নায়বা থুগায়নবকপনা মরম ওইদুনা মী খুদিংমক মানা মানা পাম্বা মখলগী মখা পোন্না, অতোপ্পা কাংলুপকী শিঞ্জাং শুবা য়াওখিবনা শিল্পাগী মতুং ইন্না কাংলুপ খায়বমদ্বু, খজিক খজিক ওইনা থুগায়বা হৌখি। শিল্পানবিবা থবক্লা খায়বা কাংলুপ (খুঞ্জাশিংগী ওইবা), খুনগী খুৎশা হৈবগী থবক (ফ্রেন্স) অমসুং ইন্দষ্ট্রি অহানবা কায়বা হৌরকপসি সাহেবনা শাসন পায়খৎপা হৌরকপদগী হৌখি। মমৈথংদা অনৌবা কোলোনিয়েল ইকোনোমিনা চাওখৎলকপনা, মশীং লাকওমদনা লৈবিবা খুৎসা হৈবা, অমদি অতৈ কলাকাব পুম্বা মপুং ওইনা ফীশা লোনশাগী কাংবু, মখোয় মখোয়না পায়জবম্বা থবক, মখুৎমক্তগী মুনখি, মদুদগী তানজবা হিংনবা পাম্বৈ ককথৎখি। অসিগুম্বা অৱাবগী খয়াত্তা তাকববদগী নাম্থোক্তুনা হিংলকপা কাংবুনা লৈবাক অসিদা চেনশিল্লকখি, (মবম) মলম লৈতবা শিগ্মীশিংনা মতৌ অসুম্না মখোযনা মখোয়গী মতু মচাগা লোয়নননা লৈবাক অসিগী মচেৎ কয়াম শরুক য়াখি।

নাযতোম নত্রগা কাংলুপ ওইনা, মতম অদুদা, ইসলাম ধর্ম্ম লৌনবকপদা নমদুনা ধর্ম্মসি লৌহনবা অমদি লৌদবা যাদে হায়না অকনবা চৈথেংগা লোয়নবা শক্তি শীজিন্নরকপা নত্রগদি; কনানসু মসিদা থিংনরমদে (য়েৎলমদে)। মরুপ-মপাং, মবী-মতা, অমদি কৈবোই-লৈকাইনা মসিদা থোযনা পুক্লিং চংলমদে মরুওইনা হিন্দু সমাজনা ইসলাম ধর্ম্মবু কবিমতা যানিংলমদে। যানিংদবা মত কয়াগা মায়োক্লনা, ইসলাম ধর্ম্ম অমদি খৃষ্টান ধর্ম্ম পাম্বা কযানা লৌশিল্লক্তুনা ঙসি পাক শন্না ধর্ম্ম শন্দোবকলি। মসি বাজনিতিগা ইবোইনবনা অয়াম্বা থোকপনি, মরুওইনা ধর্ম্ম তোখায় তান্নবকপনা পাঙ্গল হাপলমই। অনৌবা ধর্ম্ম, নৌনা কোনশিনবনা কাংলুপ নাইনবদা খুদোংচাবা পীবমই; মমৈথংদদি অসিগুম্বা কাংলুপ্পা চাওববা বাজনিতি দল ফাওবা ওইবা যাওবকই। অসুম্না থোক্লকইবা ফীবম অসি ওইবকপনা মবম ওইদুনা সেন্সস (মীশিং থিনবা) তৌনবা

কন্না হোৎনবমই। রাজনিতিগী ওইবা ৰাখলগী ব্রাংমদা হিন্দু ধর্ম্মনা পাক্লা শন্না শন্দোবক্লবা হিন্দু নত্তবা কাংবুবু হিন্দু ওইহনখি। ইসলাম ধর্ম্মগা, মকওইনা, হিন্দু ধর্ম্মগা ক্রক ক্রক য়েংনদুনা, সয়েং পান্থোম ঙান্নবনা মমৈথংদা, ভাবত্তা ইসলাম ধর্ম্মগা খুৎ থোক্লখি। ওর্থোডোক্স ওইববা হিন্দুশিংনা ঙসি ফাওবদা ইসলাম ধর্ম্মবু শুকয়া য়াদ্রি।

মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনবকলবা হিন্দুগী চৎনলোন কয়া ঙাক্লা ঙাক্লা কশ্মিবদা লৈবা কাংবুনা মতম শাংনা ইসলাম ধর্ম্ম ওনশিল্লকপনা হৌজিক কশ্মীবদা লৈবা মীকোক্কী চাদা ৯৫ দি পাঙঙন ওনথ্রে। তবামাপল শুবা খৃষ্টাব্দগী চবুক ওইবপ্রা, ফংলম্বদি, মতমদুদা লৈবমবা লৈবাক অসিগী হিন্দু নিংথৌনা লৈবাক অসিদা লৈবম্বা প্রজা অয়াম্বা হিন্দু ধর্ম্মদা অমুক হঞ্জিনহন্নিংলমই লোযননা হঞ্জিন্নবা কন্না লাক্লবমই। হিন্দু অমুক ওইবা য়াব্রা হায়না খিজিন্নবা নিংথৌ অসিনা পণ্ডিত কাংবু অমা বেনারসতা থাবমই। হিন্দু অমুক ওইবা য়াবোই হায়না, ধর্ম্ম হোংদোক হোংজিন তৌববু পণ্ডিতশিংনা কন্না য়াখিদে, অসুম্না অদুম তেনশিন্নখি।

ভাবতকী মপান্দগী চংলকপা মহমর্দশিংনা বাজনীতি অমদি ধর্ম্মনিতিগী অনৌবা মওং অমা পুশিল্লকপা লৈখিদে। ইসলাম ধর্ম্মগী মখাদা পুন্নমক (পাঙঙন পুন্নমক) মচিন মনাও ঙাক্লি হায়না থাজনবা অমা লৈববসু মখোয মশেন কাংলুপ নাইনবমই, অচৌ অপীশক খায়বদি মিৎয়েংমখাদা লেখাই তোপাই য়ানবমই। মতমদুদা ভাবত্তা লৈবম্বা খুৎসা হৈবা, অমদি পোৎথোক পায়খৎনবকপদা মখোযদি মীখাদা খাদুনা লৈবমই। অসুম্না ফীবমদা লৈবনা, ভাবতকী ওইবা শেন্থুমগী পুন্সিগী খোংচৎ অমদি সমাজগী চাওখৎ খোংথাংদা মখোযগা ওইনা কাবমতা লৈবমদে. শুকয়া ওসু যাওবমদে। থায়নগী ওইবা ফিভম অমদি লৈবম্বা মওংদা, হিন্দু, মুসলমান, খ্রৈষ্ঠ জাতি পুন্নমক ইবোযননা পুন্সি লেনামন্নবমই।

নিপীশিংবু থাক হন্থনা থম্মীবমই। তাবমাপাল শুবা খৃষ্টাব্দগী ইংলিসকী আইন (সাহেবনা শেমলম্বা) অদুদগী খাজক এনা হল্লমই হায়না লৌনববা ফাওবদা, ইমুং অমদা লৈবা নুপীগী ফীবেপ অমদি সম্পতিগী সত্বগী মতাংদা, থায়নদগী লৈবকপা আইন্না নিপীগী ফনবা কবিমথা যে পীবমদে। Hindu Joint family system (পুন্ন চার্কতিনবা ইমুংগী চৎনবোল) দগী লৌথোক্তুনা laws of inheritance (লৌখুম খুৎথাং য়েনা শিন্নবগী আইন) শেন্নমই। মসি ইমুং অমগী ওইবা অপুনবা সম্পতিবু ঙাকশেন্নবা, অতোপ্পা ইমুং অমদা চৎখিদনবা ইবা আইননি। লুহোংবনা নিপীবু ইমুং অমদগী অতোপ্পা অমদা হোংহল্লি। শেনবা থুমবাগী আইন মতুংইন্না মপাগী নত্রগা মৰাগী নত্রগা মচাগী খুৎথা থানা নির্পিনা লৈনবমই, ইমুংগী ওইনা লৈবিবা সম্পত্তিদা খুৎ থিংজিনবা (খাবা) যাবা নিপীগী শক্তি অমত্তা লৈবমদে। অদুম্নদি ওইববদা, মীয়াম তিল্লকপদা, কুম্মৈ ফীযোংনাচিংবা কলচবগী থৌবম উৎলকপদা মনিং তমজবা নিপীগী লৈতবদি নত্তে; মখোযবু তোঙঙান তোঙঙানবা ফীবমগা মান্না ইকাইখুম্নবা উৎপা অমদি মান মার্য্যদা তৌদবদি নত্তে। ৰাখল লৈবা, ফিলোসোফৰ ওইবা, নিংথৌ ওইখিবা অমদি লাম্মী ওইখিবা মমিং চৎলবা অফাওবা নিপিগী মমিং ভাবত-ইতিহাসতা হান্না য়াওবি। অসিগুম্বা নিংতম্বসি, মিৎনা উনা, চাং তাবে খংনা, চাং তাবা তেনগৎলকই। স্বতগী মতাংদা ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা নিপীগীদি নিংথিনা আইন শেন্নমই; তৌইগুম্বসুং মদু হিন্দু নিপীশিংগীদমক্তদি কবিমতা কান্নদে। মুসলমান নিপীশিংদা কা হেন্না শোকপা, মখোযগী খুদোংচাহন্দবদি কবিনা মহেল্লবগে হায়ববু নিপীশিং অসি চৎনবীগী মখাদা খ্বাইগা তিন্নহন্দনা তোপ তোপ্পা তোঙঙান্না লৈহনবগী হৰ্কচিনবনি। অৰাং ভাবত অমদি বেঙ্গলদা লৈবা নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা খবা হেন্না চৎনবমই; অদুগা অসিগুম্বা হকচিনবা চৎনবী অসি নোংচুপ অমদি খা ভাবত্তা য়ৌবকপা ঙমদে। আৰাং ভাবত্তা লৈবা নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা চৎনবী অসি হেন্না চেকসিন্না পাম্না চৎনৈ অদুগা সাধাবণ ইমুংসিংদদি, কোমথোকপনা মখোয়দা থোয়না নুংঙাইজে। নুপিশিংনা লাইবিক তম্নবা তাঞ্জা অমতা ফংলমদে; মখোয়না ইমুং মনুংগী থবক-ইনখাং তৌবনা মখোয়গী নুংঙাইবা মথৌ ওইনা তৌই।* চৎথোকপা য়াদনা অকনবা চৎনবী মখাদা চেকশিন্না পুন্সি লেনবনা শীংথানবা য়াবা লম্বী কয়া ককপ্রবসু নিপী ওইবগী সতিত্ব ঙাক্লা চৎপনা মকওইবা মগুণ ওইবমই, গুণ অসি মাংবনা খ্বাইদগী চাওবা পাপ ওইবমই। মসিপুম্বা মীওইবনা শেমজবা নিয়ম ওইববসু নিপা মখেদি অদুগুম্বা নিয়ম লৈবমদে। জহাঙ্গীবনা পানবা মতমদা ইবম্বা মতিকচানা মমিং চৎলবা হিন্দি বামায়ন পদাদা মলোম লৈবা অমদি ওস্থোক্লা ফর্জখিদ্রবা নিপীগী শক্তম অমা তুলসীদাসনা য়েকলমই।

মসিগী মবম অমনা ভারত্তা লৈবা মুসলমান অপুম্বা হিন্দু ধর্ম্ম থাদোক্নুনা ইসলাম ধর্ম্ম লৌখিবা ঙাকনি; অদুগা অতোপ্পা মবম অমনা, মতম নুংশাংনা লৈমিন্নরকপনে, অমতা ওইবা থবক ইনখাং, লমচৎ শাজৎ, হিংনবগী উপায়, কলাকাবগী ওইবা হৈশিংবা, মকওইনা অন্বাং ভাবতকী ওইবা ঈশে-নোংমাই, লাইয়েকপা, খুৎশা হৈবগী থবক, চিঙ্গাক, ফীবোন অমদি ময়ামগী অমতা ওইবা চৎনবোন্দা ভাবত্তা লৈবা হিন্দু অমসুং মুসলমান পুম্বা লেং মান্ননা চাওখৎমিন্নবমই। অমতা ওইনা শান্তিদা মখোয়না পুন্না লৈমীন্নবম্মী; হবাও-কুম্মৈ ধর্ম্ম-কর্ম্মদা অমতা ওইনা পুনশিল্লমই; অপুনবা লোন অমতমক লৈবমই; নিয়ম অমতগী মখাদা হিংমিন্নবমই; অর্থনিতিগী মায়োক মান্ননা অমতা ওইনা য়াবমই। অঙম অথৌ, লম লৈজবা মীওই অমদি মশীং লাকঙমদ্রবা, মখোয়গী মপান তাংদুনা হিংবা মী পুম্বনা অমতা ওইনা ৱায়েনল্লাংগী পাওতাক ইল্লমই। (মীশিং অদু জমিদাবি নত্রগা লম অদুমক্কী মপুমক্তি নত্তে। মখোয়না ভাড়া লৌবমদে অদুম্মদি ওইবগা তোপ তোপ্পা লমদম খবদগী কাবকপা সবকাবগী খাজনা মখোয়বু খোমজিলহল্লি লোয়ননা মখোয়দা শীন্নদুনা মখোয়বু থমহল্লমই।) য়াম্না চয়েৎনববা, মপুং মবৈ ফাদবা, অমতা ওইববা কলচব, মখোয়না চাওখৎহল্লমই। মখল কয়াগী মান্নবা ফীবোন শেৎ-চাবমই; জাৎ অমতা ওইবা চিঙ্গাক চাবমই। মান্নববা মওংগী খুৎশা হৈবা থবক তৌবমই; শা তানবা, শগোল তোংবা লাম্মীগী থবক তৌবা, মান্নবা অমদি সিপাইগী থবক তৌবনা মখোযগী মতম লেন্নবা থৌদাং ওইবমই। শগোল কাংজৈ মখোযনা পামজবা শান্নবা কুম্মৈনি লোয়ননা, শামুগা শামুগা য়াথিন্নহনবা য়াম্না চৎনবমই।

কাংলুপ খায়দোকপনা অমতা ওইনা পুনশিনবদা মহৌশানা অথিংবা অপনবা পীববসু পুম্নমক পুনশিনবা অমতা ওইবা লৈমিন্নবা অমদি হিংমিন্নবসি অদুম থোকলমই। কবিগুরুদা য়াম্না তাংনা থোকপা নত্তনা অমগা অমগা চাবৌ মৌবৌনাবা লৈবমদে; পাঙলনা হিন্দু নিপী লৌখিবা মহৌশাদগী হৌনা চখনবকপা নত্তনা কাংলুপ অনিসি অমতা ওইনা তোবো পোন্দাননা তিন্নবা তৌবমদে। চামিন-থকমিন্নবসু তৌবমদে অদুম্মদি ওইবগা মদুমক হাক্লা চেকশিনবমক্তি নত্তে। নিপিবু তোপ্পা কনাগা তিন্নদনা মপাম্বোক্তনা থম্বনা সমাজগী পুন্সিদা খুমাং চাওশিন্না চাওখৎপা মাইকৈদা চংশিনবদা অপনবা ওইবমই। মসি মকওইনা পাঙনশিংনা নম্না থোকলমই মবমদি মখোয়গী সমাজদা পার্দ্দা কন্না শীজিন্নবমই। হিন্দুগা পাঙনগা তোযনা অমগা অমগা উম্নববসু কাংলুপ অনিসিগী নিপী মশেনদি অদুক তোযনা উন্নবমদে। অচৌ অশাংগী অমদি নুংঙাই যাইফবা ইমু মনুংগী নিপীশিংদি (কাংলুপ অনিগী নিপীশিংদি) অমগা অমগা ওম্বোক্লা থাপ্পনা মবী লৈনদনা লৈনবমই; কাংলুপ কাংলুপকী ওইবা সমাজগী চৎনলোন্না অমদি চৎনবীনা ওম্বোক্লা লাপ্পা (অমগা অমগা উন্নদনা) থল্লমই অমদি অমনা অমবু হম্বনা খন্নবমই।

খুঙ্গংশিংগী খুঞ্জা পুম্বগী হায়বদি লাকঙম ফাঙমদ্রবা মীয়ামগী পুন্সি অসি মশা অমতা ওইনা অপুনবা য়ুম্ফম অমগী মখা পোল্লমই। খুঙ্গংগী লমখৈ মনুংদা হিন্দু অমসুং পাঙঙনগী মবক্তা নুংশিনবগী তত্তবা মবী অমদি অদুম মবৈবম্মী। কাংলুপ (সমপ্রদায়) খায়বনা মসিগা মবী লৈনবমদে; পাঙঙনশিংবু অতোপ্পা কাংলুপ অমনি হায়না অদুম মবৌবম্মী। ইসলাম ধর্ম্ম লৌবা পাঙঙন অয়াম্বা মখোযগী মহৌশা মমাংঙৈদা চৎলম্বা চৎনবীবু কাযদনা অদুম মচৎথৈ। হৌবকফমদা, মমাংঙৈদা চৎলম্বা চৎনবীবু কায়দনা অদুম মচৎথৈ। হৌবকফমদা, মমাংঙৈগী ওইনা অবিবা ৱাবী শীংবুন্দা অমদি কাব্যগী ৱাবী লাইবিক্ত হিন্দুশিংগীগা মখোযগীগা (পাঙঙনগীগা) ইমান মান্নৈ। মখোয়পুম্বা চপ মান্নবা মখলগী থবক অদুম শুই, মান্নবা পুন্সি লেনমীন্নৈ, মান্নবা মখলগী ফীজেৎ চাকচা অহোংবা লৈতে, অমদি মান্নবা লোন্না মখোয়না ঙাং শকই। অমনা অমগী উসব-মেল্লা য়াওনৈ; ধর্ম্ম অমদসু অতোপ্পা ধর্ম্ম অমদসু য়ান্নবা হবাও-কুম্মৈ, উসব-মেল্লা, অনিমক্কী অপুনবা ওইবম্মী। মখোয়গী চপ মান্নবা অবিবা ঈশৈ লৈবমই শকলমমী। মী অয়াম্বা লৌমী, খুৎশা হৈবা, কলাকাব ওইবা ঙাক ওইবম্মী।

লৌমী, খুৎশাহৈবা অমসুং অচৌ-অশাং অনিগী মবক্তা লৈবা অহুমশুবা মখলগী মীয়ামদি সদাগব অমসুং লল্লোনবা মীশকঙাক ওইবমই। মখোয় অয়াম্বা হিন্দু ঙাক ওইবম্মী, অদুগা লৈবাক ঙাকপগী খুর্জ্জি মখুত্তা লৈবমদে; শেম্ছুমগী ওইহন্নিংবা ফীবম মখোয়গী মখুত্তা তাবমই। মখোয়দগী হেন্না চাওবা নত্রগা মখোযগী মীখা থাবা কাংবুগা মবী লৈনবগুম্না

পাঙগুনশিংগা মখোয়গা নুংশিনবা মবী অদুক হাক্লা লৈবমদে। ভাবতকী মপান্দগী লাকপা পাঙগুনদি তেক উবদা জমীদাৰ ওইনা তৌই; মখোয়না লল্লোন ইতিক তৌবা হৈনবমদে। ইসলাম ধর্ম্মনা শেন্দোই চাববু থিংবনা লল্লোনবদসু ধর্ম্ম অসিনা অথিংবা পীবমই। মখোয় মশামকপু লৈবাক ঙাকপা (নিংথৌগী) কাংবু, অচৌ অশাং, লৈবাক্কী অচৌবা ফম্নাইবা, লমগী মপু জমিদাৰ নত্রগা লাম্নীগী অচৌবা অফিসাৰ মকোক ওইনা খঞ্জবমই। কোর্টকা মৰি লৈনবা পণ্ডিত কযামকমসু য়াওবমই. মহৈমশিং তম্নীবগী লোয়ননা লাইবিক লাইশু নৈনবা মীওই কয়ামসু য়াওবমই।

মোগলনা পানবা মতমদা হিন্দু অয়াম্বনা পার্শিযান লোন্দা লাইবিক কয়ামকম ইবমই; কোর্টকী লোনসু পার্শিয়ান্না ওইবম্মী। মতমদুদা ইবম্বা লাইবিকশিংদু অবিবা মখলগী ঙাক্লি। মতমদুদা পাঙগুন পণ্ডিতশিংনা সংস্কৃততা ইবা লাইবিক কয়ামকম পার্শিয়ান্দা হন্দোকলমই লোযননা হিন্দিদা লাইবিক লেংলমই। অফাওবা হিন্দিগী কবি মবক্তা অনিদি "পদ্মাভট্" লেংবা মালিক মহম্মদ জর্যসি অমসুং আকববগী কোর্টতা যাওবা অঙম্বশিংগী মনুংদা মকোক থোংবা আকববগী অবিভাক্কী (গার্জিযনগী) মচা, খাঁন খানানসু অমনি। খাঁখানা আৰ্বিক, পার্শিয়ান অমসুং সংস্কৃত লোন্দা লাইবিক লেংবা অফাওবা কবিনি; মহাক্লা ইবম্বা হিন্দি কবিতাদি য়াম্না ৱাংই। মহাক মতম খবা নিংথৌগী লাম্নীগী কমাণ্ডৰ-ইন-চীফ ওইবমই; অদুম ওইনমক আকববগা লেপ্তুনা মাইযোক যাদনা লাম্বেংনবম্না, আকববদা অমুক্তা মকোক নোনখিদবা মেৱাবগী ৱাণাপ্ৰতাপপু থাগক্তুনা ৱাংনা থাঙ্গক্তুনা ইবমই। মবৈবাক নিংবা মবৈবাক্কীদমক মথৱাই কৎথোকপদা মথৌনা লৈবা, মশাগী ইজৎপু অবাংবা থাক্তা ঙাক্লা চৎপা, লানফমদা মথৌনা যবা মহাকমক্কী যেক্রুববু মহাক্লা ৱাংনা থাঙ্গক্তুনা ইবত নক্তনা মশামক্লা মান মার্য্যদা উৎলমই।

মথৌনা ফবা মীগা মরূপ শান্নবনা আকববগা পোলিসিনি, পোলিসি অসিমক মহাক্কী মান্ত্রিশিং অমদি মঙোন্দা পাঙতাক পাবা মীওইশিংনা আকববদগী তম্নখি। মহাক্লা মকওইনা ৰাজপুতশিংগা অমত ওইনা লোযননিংলমই; মখোযদা লৈবা মগুণ অদ নহাক্লা থাগৎলমই, মদগা কনানা লৈতবা মথৌনা, মশাগী ইজৎ ঙাক্লা চৎপা, মতিক মগুণগা মথৌনাগা চেংচৎ মান্নবা, তাযাখবা বাহম পান্না চেংগা ... গুণশি অদু মঙান্দসু লৈলমই। ৰাজপুতশিংবু মহাক্লা মখুৎ চল্লমই; থাগৎশিংগাই ওইনা মগুণ যেনবনা মধ্যযুগত লৈবম্না সমাজগী ফীদম্লযম ৰাজপুতশিংনা ওইবম্লবসু অনৌবা মখল কযাগী শক্তি থোবকপনা হৌজক্কী মতমগদি খজিক চান্নফাত্তে। মাগী জাতিগী সন্নবু কন্না ঙাকপনা পুনখিদুনা মতমগী ওইনা থোবকপা অনৌবা শক্তিবু আকনবনা মশক খংবা ঙমখিদে।

অৱাং ভাবত অমসুং মধ্য ভাবতকী তিন্নবা যাদনা খেৎনববা কাংলুপ্পু অমতা ওইনা পুন্না পুনশিনহন্নবা হোৎনবদা আকববনা মাইপাকখিবা অসিমক অঙকপনি। মকওইনা মীবৈবাক্তগী লাকপা লৈবাক ঙাকপা কাংবুগী চাওববা পঙ্গাও অমা লৈবমই লোযননা জাতি অমদি ধর্ম্মগী ওইবা পঙ্গাও অমসু লৈবমই; নৌনা ধর্ম্ম ওনবা কাংবুগা হান্নদগী মচা চেংনা লৈবকলবা কন্না মশানা ঙাকচববা ধর্ম্ম চৎপা কাংবুগা কাংব অনি অদুসু যেংথিন্নবমই। হায়বিবা পঙ্গাও অনিমক লৈনা লৈনা অমতা ওইনা পুনশিনহনবগী অপাম্বা ৱাখলসু হেনগৎলমই। মহাক্কী মশামক্কী ওইনা তিনহনবদি নত্তে; মহাক শেমগচ্চবা, মযামগী ওইবা অপুনবা অমা পুবকপদনি। অসুন্না অমত ওইনা শেমগৎ শাগৎপা থৌবম অদুম ওইবা যাবগী মনুংদা মহাক্কী মচা অমসুং মশু জহানগীৰ অমসুং সাহজহান্না খুদুং ইল্লমই। মখোয় অসি থোযদোক হেন্দোক্লা তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈবা মীওই নত্রবসু আকববনা চথবম্বা মবা চেৎলবা থৌশিনবু কন্না ঙাক্লা চথবনা মখোয়না মাইপাক্লা পানখিবনি। তৌবঙম্বা শক্তি লৈববা আওবঙ্গজেবগী মত তোঙঙানখিবনা, হান্না লৈবম্বা নিযমবু মহাক্লা থৌওইখিদে; আকববনা শেমগৎলম্বা পুন্না মহাক্লা থুগাযখি। অদুমকপু মপুং ফাদ্রবা ফাওবদা মহাক (আওবঙ্গজেব) অমদি মাগী মতুংদা ওইরকপা শোল্লবা মবাইবক থীববা নিংথৌবেনবু, আকববনা তৌবম্বা শেমগৎলম্বা থৌশিনগী মপান্না, খবমখৈদি ব্যবহাৰ তৌবমই। অসিগুম্বা মান মার্য্যদা অসি অৱা ভাবত অমসুং মধ্য ভাবততা খবা নম্না লৈবমই; অদুগা খা অমদি নোংচুপ ভাবত্তদি শুকলৈ লৈবমদে। মবমসিনা মকওইনা মসিবু মাযোক যাবকপা শিংনবকপসি নোংচুপ ভাবত্তগী হৌরকখি।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## তরানিথোইশুবা তাংকক

# অওরঙ্গজেবনা (ঘড়ী লৈখবা), হান্নগী ফীবমদা হঞ্জিনবা হিন্দুনা মরৈবাক নিংবা হেনগৎলকপা শিবাজী

ভারতা শাহ জাহান, ফ্রান্সনা লুইস ১৪, মতম অমতদা পাম্মীন্নবমই, মতম অদুদা মধ্য ইউরোপপু থার্টি ইয়ারস রাব (চহি ৩০ চুপ্পা শোক্লবা লান) থোকাখ। ভার্সেলিজনা মকোক কাংখৎলকপগা লোযননা আগ্রাদা তাজমহল, পিযবল্ মোস্কনা ঙাংথোবকখি ইবোইননা দিল্লীদা জুমা মসজিত নিংথৌবেনগী কোনুংদা ডেওযানি অমসুং ডেওয়ান ই খাস মশক নাযনা উনবকখি। থোগন চাওখৎ খোংথাংনা মপুং ফানা শবেপ তানখৎপবু অয়েকপা লাইগুম্মা, নাংথিজববা, ফজ্জববদা পুক্রি, হুববা দলানশিংনা ময়েক শেংনা উৎখি। পিকোক থ্রোন্না (ব্রাহোংনা পুবা সিংহাসন্না) লৈতেংলবা দিল্লি কোর্টনা ভার্শোনিজদগী হেন্না ফজবা কেবা মৌবা হেল্লমই. অদুম্মদি ওইবগা, ভার্শোনিজগুম দিল্লি কোর্ট্রসু লাইববগী চৈথেং ফংলবা. নৈতৎলবা প্রজাগা মরক্তা অল্লাবা খাংনা পোত্থাব। গুজরাট অমসুং দাক্ষিনাত্যদা অকাবা ফংনা চাকতাংখি।

মতম অদুদা ইংলণ্ডগী ঈশিংগী শক্তি হেনগৎলক্লম্মী লোয়ননা শন্দোক্লমই। আকববনা মশক খংলগ্না ইউরোপকী মীদি পর্তুগীজনি। মহাক্কী মচা জহানগীরনা পানবা মতমদা বৃটিশকী জহাজ লাম্মীনা, ভারত মহাসাগরদা পর্তুগীজবু মাইথীবা পীখি, ইংলণ্ডগী নিংথৌ জেম্স অহানবগী বাজদুত, স্যার থোমাস রোইনা নিংথৌগী মীহুৎ ওইনা খৃঃ ১৬১৫ দা জহানগীরগী কোর্টতা লাকখি। ফেক্টরি হৌনবা যাথং লৌবদা মহাক মমাই পাকখি। সুরাট ফেক্টরি হৌগৎখি লোয়ননা খৃ. ১৬৩৯ দা মাদ্রাজদসু লিংখৎখি। চহি ১০০ খরা হেন্না ভারতা লৈবা কনামতনা বৃটিশকী থৌশিল খংলমদে। বৃটিশনা ঈশিং (সমুদ্র) লম্বী খুৎচনখিবা, অমদি পর্তুগীজবু তানথোকখিবা, মোগলগী নিংথৌবেনশিং অমসুং মখোযগী পাওতাক পীবা কাংবুনা কবিমতা নাচুংলমদে। আওরঙ্গজেবনা পানবা মতমদা মোগল সম্রাজনা মরাইচায়থবক্লবদা ভারত্তা মখোযগী লম শন্দোক্লবা লান থেংনদুনা নিযম অমগী মখাদা কন্না হোৎনবমই। মদু খৃষ্টাব্দ ১৮৮৫ দনি। মপাঙ্গল ময়েং তাথবক্লবসু, য়েক্লবা কযামগা মখুত্তা মাইথিবা ফংল্লবসু আওরঙ্গজেবনা বৃটিশপু মাইথিবা পীবা ঙমখি। মসিগী মমাংদা ফ্রান্সকী মীশিংনা ভারত্তা মখোযগী খোংদাফম শেমখি। ভারতকী রাজনিতি অমদি অর্থনিতিগী ফীবম্মা ময়েং জর-জর তাবক্লবদা, অহোইননা মপাঙ্গল মথেন ফাগৎলক্লবা ইউরোপকী মীশিংনা ভারত্তা খোংদাবকখি।

লুইজ ১৪ শুবা মতমদা শাংনা ফ্রান্সতা পাল্লমই, মতমদুদা তুংদা থোক্কদবা রিভোলুসনগী (লান্থোগী) মরা হুনখি। ময়াই ওইবা যুদ্ধানগী মীওইশিংনা হৌবক্লনা ইংলণ্ডদা মখোয়গী নিংথৌবু মণ্ডক ককখি। ক্রোমওয়েলগী মতম কুইদবা বিপল্লিক, মপুংমরৈ ফাখি; চার্লস অনিশুবা ফাওগৎলকখি অমসুং লোইশিনখি; জেম্স অনিশুবা চেনখি। অনৌবা, লল্লোনবা কাংবুগী মীহুৎনা নম্না মীহুৎ ওইবা পার্লিয়ামেন্না নিংথৌবু খুদুম চনশিন্দুনা শাসনগী খুত্তি পায়খি।

মতম অসিদা আওরঙ্গজেবনা লানহৌদুনা মহাকমক্কী মপা শাহ জহানবু বন্দি থমদুনা মোগলগী সিংহাসন কাখি। আকববগুম্না নিপাওনা অসিগুম্না ফীবম মুন্না ভার তাবমগদবনি লোয়ননা লানহৌবকইবা অনৌবা ইথিনবু নমথবা ওল্লমগদবনি।

নৌনা হৌগৎলকইবা ইবাংগী লোযনন্না অর্থনীতিগী অওনবা থোক্লকইবদুগী মবম, খংজিন্নবা হোৎনবদা লাংতক্লবা খোয়বাংবা লৈবমদ্রবদী মহাক্কী সম্রাজনা তোযনা কাযখিবদু খবমখৈ য়ৈথোকপা ঙম্লমগদবনি। হৌজিক হৌজিক থোকপা অমদি ওইবা অদুবু খংবা ঙম্লদি লাইবদুনা হৌখিবদা ঙাইবিবা অদু ফাওবা আওবঙ্গজেবনা খংবা ঙমখিদে, মহাক অসি ওন্নতৈনবা ব্রাখল অমসুং থবক্কী মীওইনি, মহাক্কী লৈজবা মপাঙ্গল মবৌশিং মপান তাংদুনা, মহাক্কী মপা-মপুশিংনা তৌবম্না শেমগৎ শাগৎপগী থবকপু মহাক্লা মাংহন্নবা, চাং তাহন্নবা হোৎনবমই। মহাক্কী জাত্তিদবু নুংশিবা, মজাত্তিগী ওইবা ধর্ম্মদা হকচিয়া মথরাই লুপ্পা নিপানি; কলা অমদি সহিত্যবু পাম্বা, নুংশিবা মী নত্তে। মীকোক য়ৈনা হিন্দুগী লৌবা খাজনা, মমাংঙৈগী ওইবা তুক্কচববা জোজবা অমুক লৌখত্তুনা, হিন্দুগী লাইশং কযা থুগায়দুনা, মহাক্কী প্রাজা অয়াম্বা মহাক্লা শাওহল্লমই। মখোং অমসুং চৈঙাক ওইনা মোগল সম্রাজবু শৌগৎলম্বা, নাপলনা থোয়ববা বাজপুটশিংবু মহাক্লা শাওহনখি। মশানা শান্তি পামজববা জাত্তি অমা ওইবম্নদগী হিন্দু অমসুং ইসলাম ধর্ম্মবু পুলশিলহন্দুনা অচৌবা অপুনবা কাংলুপ অমা শেমগৎলম্বা শিখশিংবু নমদুনা অমদি দণ্ডিগী মওংদা নুংশিনবা শাদুনা মহাক্লা সিফাই।ওইহনখি, অরাং ভাবত্তা লৈবা অসিগুম্বা শিখ পঞ্জাবীশিংবু মহাক্লা লান হৌহনখি। মমাংঙৈগী বাষ্ট্রকুটকী মচামশু, লান পান্নবা ভাবতকী সমুদ্র মপান্দা লৈবা মবাঠাশিংবু মহাক্লা শাওহনখি, মতম অদুদা মখোয়গী মবক্তা মমিং চৎলবা কেপ্তেন অমা মচিন তুম্না ফাওগৎলকখি।

পাকচাওনা শন্দোক্লবা মোগল সম্রাজ শিনবা থুংনা লম্মন খুমনিংবা, লানহৌনিংবা অকনবা ইথিন ইবে হৌনবকখি। ধর্ম্ম অমসুং জাত্তি, জাত্তিগী ফীবেপ ঙাক্লবা হোৎনবদা হৌবকইবা ইবাংগী মকান। হৌজিক মতমগী ওইনবা অপুনবা, অমতা ওইবা জাত্তি' বাখল অদুমক তশেংনা মতমদুগী ওইনমবা অমতা ওইবা জাত্তিগী ব্রাখল নত্তে, ভাবতকী অপুনবা জাতি অমা ওইনা কোনশিনবা নত্তে। জমিদাবি, লম লমগী তোঙানবা বাখল, অমদি কাংলুপ নাইবা ব্রাখলনা মাদুবু মচু শংলম্মী। অতৌদগী হৌনা জমিদাবি অমদি লনাই ন্যাংবা লৈবা হেল্লবা বাজপুতশিংনা মখোযগী কাবুতবু নুংশিনা খল্লমই, পঞ্জাবতা লৈবা মতৌগী মতমদা ওস্থোক্লা পাক্লবা কাংলুপ্ন মখোয মশাংবু কাংনবা বাখলদা থুপ্পমই, পঞ্জাবগী ব্রাংম লাম্না অসি তম্না নাম্ময়গী বাখল শাকথোক চাওথোকখিদে। অদুম্মদি ওইবগা অপুনবা জাত্তিগী হৌফমগী অকনবা মমিতদি ধর্ম্মদা মযেক লানা লাবমই, তোঙান তোঙানবা কাংলুপকী চৎনবী (য়েনাহৌইভেদগা লৈবক্লবা চৎনবী) অপুম্না অমত ওইনা ভাবতকা মবী লৈনবমই। প্রোফেসাব মকডানেলনা ইবমই ' The Indians are the only division of the Indo European Family which has created a great national religion Brahmanism and a great world religion-Buddhism while all the nest for from displaying originality in this sphere have long since adopted a foreign faith " (চাওববা জাত্তি অমগী ধর্ম্ম ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম পাক চাওববা পৃথিবীগী ধর্ম্ম বুদ্ধ ধর্ম্ম হৌদোকখিবা ভাবত জাত্তি অসি ইন্দু ইউবোপয়ান কাংলুপ্তগী (জাত্তিদগী) মচা তাখিবা শকক অমনি, মতম অদুদা অতৈনা মশাগী হৌবকফমদি উৎতনা মীবৈবাক্কী ধর্ম্ম চৎনখি)। ধর্ম্ম অমসুং জাত্তিগী ব্রাদা পুনশিনবনা অনিমক্তগী পাঙ্গল অমসুং অমতা ওইবা অপুনবা শক্তি থোবকই, অদুম্নদ ওইবগা, অনিসি তিনশিন্নবনা তিনশিন্নবিবদগী অশোনবা অমদি মতিকচাদবা পোকহল্লি। মবমদি তিনশিন্নখিবা খাইদগী তোঙানখ্রবা, শকক খবতগী ওইবা জাত্তিগী বাখল পোকহল্লি, ধর্ম্মগী ব্রাংমদা লৈবা, ভাবত্তা লৈবিবা তোঙান তোঙানবা শকক কয়াবু মাদুদগী তোঙান তাহল্লি। হিন্দু জাত্তি অপুম্না ভাবত্তা পোকপা ভাবত লৈমাগী মচাঙাক্লি অদুবু থোইনা চাওখ্রবা জাত্তি অমা ওইগব্রা হাযবগা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম অমদি তাং কযামকম চোংথোবকইবর্সিনি।

লৈবাক ইবাং হৌনবক্লবা, চাওববা সম্রাজনা মচেৎ তানা কায়বা হৌবক্লবা মতমসিদা ভাবত্তা লৈবা, মপান্দা লৈবা মথৌনা ফনা কযামনা মাগী মাগী লৈবাক কনশিন্নবকখি, মখোয মখোয়গী ওইবা জাত্তি শেমগৎনবকখি, মসি চপ চাববা প্রমান্নি হায়বা চুল্লবনি। থৌনা ফবা লানহৌবা খুদিংমক্লা মশা মশাগী মপাঙ্গল কনবা হেনগৎহল্লমই, মশা মশাবু ঙাকথোক্লবমই। থোকখি থোকখিবা থৌদোক্কী অকুপ্পা মবোন্দগী হেন্না থৌনা ফবা লানহৌবশিংগী মথৌনা মপাঙ্গলগী মবমদনা হেন্না ঐখোযনা ফংলুবা ইতিহাসনা লাওবি। লান্দাবকপা কাংবুনা লানফম কযাদা খোংদাগ্রবসু মখোয়গী মথৌনাগী মবমদা কবিমতা (ইদব) উৎতবা ইতিহাসকী লাইবিক কযা লৈবি। মকওইনা মবাঠাশিংগী মবৌশিং মথৌনা কয়া লৈবমই, মখোযনা মপাঙ্গল

কনখৎলকপগা ইবোইননা মখোযগী মবৌশিংসু হেনগৎলমই। খৃষ্টাব্দ ১৭৮৪ দা ৱাবেন্ট হেষ্টিংস্না ইবমই "The Marathas possess, alone of all people of Hindustan & Deccan, a principle of national attachment Which is strongly impressed on the minds of all individuals of the nation and could probably unite their chiefs, as in one common cause, if any great danger were to threaten the general state." (জাত্তি অসিগী মীপুম খুদিংগী মপুক্রিংদা থুক লাওনা পানবা, মজাত্তিবু লিচিং অমতা ওইনা নুংশিবা ৱাখল, পুকচেন, হিন্দুস্থান অমসুং দক্ষিনাত্যদা লৈবা মীয়ামগী মনুংদা, মাবাঠাদনা চেল্লমই, চেল্লিবা অমতা ওইবা ৱাখলনা মখোয়গী লুচিংবশিংবু অমতা ওইনা পুনশিনহনবগুম তৌবমই; খুদোংথীবনা লৈবাক-গ্রজাবু মিপাইহল্লবা মতমদা ময়ামগী য়াইফনবগীদমক মখোয়গী অমতা ওইনা পুকেচেন খোয়জেন তিন্নবা পুল্লমই) অসুম্না মজাত্তিবু নুংশিবা মখোয়গী পুকচেন খোয়জেন তিন্নবসি মকওইনা মাবাঠা লোন লোনবা লমদমতদা লৈবমই। রাজনিতিদা, লাম্নীগী মতাংদা লোয়ননা মখোয়গী লমচৎ-শাজত্তা মাবাঠাশিংদদি ময়ামগী ওইবা পুকচেন চেল্লমই; মখোয়গী মবক্তা মখোয়তগী ওইবা ডিমোক্রেসিগী ৱাখল লৈবমই। মসিপুম্বসিনা মখোয়দা পাঙ্গল হাপলমই। আওরঙ্গজেবকা মাইয়োক য়ানা লাম্বেংনববু শিবাজীনা, পাণ্ডগনশিংবু চিংনবা লৈতনা থবক পীবমই।

লম্ভুম ময়েং তাথবকপনা মোগল সম্রাজ মচেৎ মচেৎ তানা কায়থবকপগী মকওইনা মান্নববা মচাক অমনি। লৌমীশিংনা তোয়না ইবাং হৌবকখি। কবিগুম্বদা, য়াম্না চাওনা হৌবকখি। খৃষ্টাব্দ ১৬৬০ দগী হৌনা, কোনুংদগী পংলাপ লাপ্তনা লৈবা জাট্ কৌবা লৌমীশিংনা দিল্লি সবকাবগী মায়োক্তা তোইনা তোইনা লানহৌবমই। লাইববা মীশিংনা লানহৌবকপগী মনুংদা সাট নামিশিংসু অমনি মখোযসি, তমথীববা লাইববা লানহৌবা খুৎপুনি হায়না মোগল অঙম্বশিংনা হাযবমই, মখোয়গী মনুংদা স্নাশাবা, উশুবা, ৱাইশিৎপা, শাউনল্লৌবা অমদি অতোনবা জাৎ কযা যাওই। অসুম্না অকনবা লালহৌবদি নিংথৌমচা, অঙম অথৌ অমদি অৱাংবা থাক্কী ইমুং মনুংদা পোকপা মীশিংগী মখুত্তা লৈবমই। অতোপ্পা কাংবু অমনা মতম অদুদা মখোয়বু চাং য়েংখি।

পেন্দবা, লম্মনশিংন খৎনবা, লানহৌবনা সম্রাজ অদিদা মংশৎ তান্নবকপা মতমদা নোংচুপ থংবা ভাবত্তা মাবাঠশিংগী অনৌবা শক্তি হেনগৎলকখি; খোংফম চেৎনা মশা য়োকখৎখি। খৃষ্টাব্দ ১৬২৭ তা পোকখিবা শিবাজী, চীংদা হৈনববা লাম্নীশিংগী ফীদম্নফম ওইববা নাবোন-লাম্নীগী লুচিংবনি। সাহেবশিংনা মখোয়গী ফেক্তবি শাবম্না, সুবাট সহব লুট তৌদুনা মহাক্কী শগোলতোংবা লাম্নীশিংনা লাপ্না লাপ্না চৎলম্মী, মোগল সম্রাজগী মনুংদ চন্না লাপ্না লৈবা লমদর্মাশিংদা চৌদ কৌবা খাজনা লমদুনা লৌবমই। থৌনা ফববা লুচিংবা ওইবদা চংবা গুণ মখৈনা চংখোন্না চেল্লবা থায়না লৈবম্না মীশিংগী শক্তম লাকশিন্নবগী অমদি শিথকবদগী হিংগৎলক্লবা হিন্দুনা মবৈবাক নিংবগী শিবাজীনা অবাবা খুদমনি। মাবাঠাবু পুকচেন খোইজেন তিন্নবা লাম্নী কাংবু অমা ওইনা মহাক্না শেমগৎখি। মাবাঠাবু মহাক্না মজাত্তি নুংশিবা জাত্তি অমা ওইনা শেমগৎখি; মোগল সম্রাজ থুগাইবা গুম্বা, মীনা মাইথীবা পীবা গুমদ্রবা জাত্তি অমা ওইনা শেমগৎখি। খৃঃ ১৬৮০ দা মহাক্ শিখ্রবসু মহাক্না মাবাঠাবু ভাবত খুদুম চম্বা গুম্বা অমা ওইনা মতুং তানা লৈনবা শেমখি।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## তরাহুমদোইশুবা তাংকক

# মারাঠা অমসুং বৃটিশনা মকোক থোংবা তান্নবগী লানফম বৃটিশনা মাইপাকপা

আরঙ্গজেবনা শিগ্লবা মতুং চহি ১০০ গী মতুংদা খৃষ্টাব্দ ১৭০৭ তা ভারতবর্ষ মপু ওইনিংবগী মখল কয়াগী লান লাঙ্গাও উবা ফংখি। মোগল সমাজ যাম্না থুনা মচেৎ তানা কাইখি, সম্রাজগী ভায়সরোই অমসুং গভর্ণরশিংনা মনিংমখা তম্বোই তমদবোই তৌবা (নিংথৌ) লৈবাক ঙাকপা লৈখি; দিল্লিদা লৈবা মোগল শাগে, নিংথৌবেনগী শক্তি লৈত্রবা, অতৈ নিংথৌশিংগী বন্দি ওইববা ফাওবদা মশাগী ইজ্জৎ অসুক নিংথিনা ঙাক্লমই মদুদি মহাকপু খ্বাইনা নৌনা কাইদনা সন্মান তৌবমই। মসিগুম্না সবকাবসিনা কনাগুম্বা লুচিংবশিংবু মতেংপাংবা নত্রগা শক্তি, মপাঙ্গল, যোকখৎপীবা নত্তনা সবকাব অসিগী চপচাবা শাও অমদি শীংথানবা যাবা কান্নবা কবিমতা লৈবমদে। হায়দ্রবাদকী নিজামগী লৈবাক্লা খা-ভারত্তা মফমচানা লৈখিবনা অচানবদা শিংথানবা যাবা ফীবমদা নিজাম্না লৈবগুম উবমই। নিজামগী অসিগুম্না শক্তম অদু অবানবনি, মহাক্কী লৈবাক অদুগী অচেৎপা ফীবমদু চকনা শাবা পোৎকম কবিসু লৈবমদ্রে অমদি মপানগী লান্দাবশিংনা মযেক শেংনা, অশেংবা শক্তম যাম্না থুনা খংনবকখি। খুদোংথীবা অমাদ অরাবা নংনা যাবব তুংওইনা অতৈগী লাইবক থীবা মবাইবক খুদোংচাবা লৈবাক অসিগী খন্নবান অমদি অবানবা শক্তম উৎখিবা তোপ চংগাদা অবানবা শাক্তবু উনবকখি। সাব জোন ষ্টোব মসিবু অসুম্না হায়বমই,
"incorrigibly depraved, devoid of energy consequently liable to rink into vassalage" (চুমথোকপা যাদবা মখৈ ফত্তবা, মপাঙ্গল মথৌনা যাওদ্রবা মমৈথংদা মীখা থাবা লোইপোৎ হাদুনা লম ঙাকপা ওইবা।" মাবাঠাশিংদা লোযপোৎ হাবা মখোযগী মখাপোনবা নিংথৌমচাশিংগী মনুংদা নিজাম অসি অমনি হায়না মাবাঠাশিংনা লৌবমই। মসিবু (মীখাপোনবসিবু) নাম্বোক্লবা অমদি মীখা পোন্দ্রে উৎনবা মহাক্লা (নিজাম্না) হোৎনকুবনা মহাক যাম্না থুনা অমুক হন্না লোইপোৎ হাবা তাখি; শোল্লবা মথৌনা যাওদ্রবা মহাক্কী লাম্লীবু মাবাঠাশিংনা শমজী খায়দুনা চেলহনখি। বৃটিস ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনিগী মচিন তুমখৎলকপা শক্তিগী মশাইগোন্দা মহাক্লা চংজফম ফংখি; মীখা পোনবা লৈবাক অমা ওইনা মহাক্লা মাগী লৈবাক লেপখি। মশাগী হুমাংমন যাওদনা বৃটিসনা মহিশুরগী টিপু সুলতানবু মাইথীবা পীদুনা হায়দ্রাবাদ ষ্টেটপু যাম্না থীনা চাওথোকহনখি (পোকথোক শন্দোকহনখি)।

হায়দ্রাবাদকী নিজামগী মবমদা পল্লদুনা খৃঃ ১৭৮৪ দা রাবেট হেষ্টিংসনা অসুম্না ইবমই, "মহাক্কী (নিজামগী লৈবাক্তি পীকই; খাজনাসু য়ামদে; মহাক্কী লাম্লীগী মথৌনাসু তুরুর্চনিংঙাইনি; মহাক্কী মপুন্সিগী মনুংদা কবিগুম্না কালদা মহাক্লা মাগী শাগী মথৌনা মবিংজেন উৎখিবা লৈতে। মসিগী ওন্নতৈনবদা, মহাক্লা য়ুমলোম্নবশিংবু নুংঙাইহন্দবা ইনাশিনবা উই; মখোয়গা ময়োক্লবা মতমদা মশামক লৈথোক্লবা যাওদনবা তৌই; লান শোক্রবগী তাঞ্জা লৌবদি লাইবদুনা মশান মশাগী অয়াম্বদু উৎলম্মী।"

তবানিপান শুবা খৃষ্টাব্দদা ভারতগী শক্তি পাযনবা হোৎনবম্না অশেংবা মথৌনা ফবা কাংবু মবি লৈবমইঃ অনি'মনা ভারত মচানি অনি'মনা মীবৈবোক মচানি। ভাবত মচান খা ভারত্তা লৈবা মাবাঠা অমসুং হায়দাব আলি লোয়ননা মাগী মচা টিপু সুলতান; মীবৈবোক মচানা বৃটিশ অমসুং ফ্রান্সনি। মখোযগী মনুংদা তশেংনা উখিবদি ভাবত পুম্বদা মাবাঠানা মোগল

সম্রাটকী ঙমথং ওইনা মখোয়গী শক্তিনা ভাবতকী মপু ওইখি। খৃষ্টাব্দ ১৭৩৭ কী হৌগৎলকপা দিল্লিগী থোংগান খুদিংদা মখোযগী লার্ম্মী লৈবমই; মাখোয়না মায়োক যাবা ঙম্বা অকনবা শক্তি অমতা লৈখিদে।

মদুগী মতুংদা খৃঃ ১৭৩৯ দা অৱাং নোংচুপ মাইকৈদা নৌহৌনা ইবাং অমা হৌবকখি; মী হাত্নুনা লুট তৌদুনা, মমিং চৎলবা ময়ুব সিংহাসন (ৱাহোংগী গাড়ি) য়াওনা মশীং লাকঙমদ্রবা লন থুম পুদুনা পার্স্তগী নদিব শাহনা দিল্লি যৌনা খাইবকখি। দিল্লিগী নিংথৌশিংনা শোনবনা লেংঙম শাঙমদবা, নিপীমানবা, শন্নপনা হায়ববদা লানফমদা কাংখথাং ওইবনা, লান্দাবকপা, লুট তৌবদা লদিবদা পেনামুক লাইবমই; অদুবু মবাইবক ফবনা মহাক মাবাঠশিংগা চায়নখিদে। মহাক্না লুট-তৌনা লান্দাবকপসিনা, থংনবা চহি খবগী মনুংদা মাবাঠাশিংনা পঞ্জাব য়ৌনা লম শন্দোকপদা খুদোং য়াম্না চাহনখি। অসুম্না মাবাঠানা ভাবতকী মকোক থোংলকপবু মযেক শেংনা উনবকখি।

নাদিব শাহনা লান্দাবকপগী ফল অনিথোক্লা লৌবা যাই। দিল্লিদা পানবা মোগল নিংথৌশিংনা খুৎকন পাঙ্গল্লি মবৈবাক চাওই হায়না মিত্তা উৎ চাইদুনা তৌশিন্নবম্বা পুম্বা নদিব শাহনা মুথৎখি; মতম'মদগী হৌদুনা মোগলগী নিংথৌশিংদি মমি শাল্লবা, মমিংত ঙাইববা নিংথৌ ওইখি; লোযননা মখোয়বু লাকশিনবা ঙম্বা মতিক মগুণ লৈনা কল্লবা কনাগুম্বগী মখা পোন্দুনা লৈবা নিংথৌ ওইখি। নাদিব শাহনা লাক্লিঙৈ মমাংদগী হৌনা মখোয়দি (মোগল নিংথৌশিংদি) ফীবম অদুদগী তেন্না শোর্কচিন্না লৈবক্লবনি; অদুবু মসিপুম্বা মহাক্না (নাবি শাহনা ) মপুং ফানা ময়েকশেংনা মীয়াম খংহনখি। মতম অদুগী চৎনবোন অর্মদি মতম নুংশাংনা চৎনবী ওইনা লৈবকপসি অসুককী মতিক কয়া লু তোংদা চংখিবনা বৃটিশ ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানি ফাওবা অমদি অতৈনা পল্লসিগী লানফম মফম ফাওবদা ক্লাগোক হাবা ওইনা নিংথৌশিং অদুদা চল্লবা খুদোনপোৎ পীনবমই। মসিগী মতুংদা মতম যাম্না শাংথনা ফাওবা দিল্লি বাদশাহগী এজেন্ট লইনা কম্পনিনা মশামকপু খণ্ডবমই লোযননা থবক কয়া পাংথোকখি, বাদশাহগী মমিংমক্তা খৃঃ ১৮৩৫ ফাওবদা শেন শাবমই।

নাদিব শাহনা লান্দাবকপদগী অনিশুবা খলনা অদুগা বিষ্টানবু ভাবতগী তোঙান্না খাযদোকখি। মতম যাম্না শাংনা ভাবতকী শকক ওইবম্বা আফগানিস্টানগী শকক অদু নাদিব শাহগী লৈবাক্তা হাপচিন্দুনা মাগী লৈবাক ওইবমখি। অদুবু ইকুই কুইদনা মাগী লৈবাক প্রজা অমদি অফিসাবশিংনা লানহৌবক্লুনা নাদিব শাহবু হাৎখি, আফগানিষ্টান নিংতম্বা ষ্টেট অমা ওইখি।

নাদিব শাহনা কবিগুম্বদা মাবাঠাশিংবু শন্দোকহল্লমদে; মখোয়না পঞ্জাব ফাওবা লৈবাক শন্দোকখি। অদুবু খৃঃ ১৭৬১, মতম অদুদা আফগানিষ্টান্দা পান্বা আফগান লুচিংবা অহম্মদ শাহ দুবানীগী মখুত্তা পালিপত্তা মখোযনা (মাবাঠাশিংনা) যাম্না থীনা মাইথীবা ফংখি। মাবাঠাগী লৈবাংগুম্বা লাম্মীশিংনা খুদোংথীববা লান্ফম অদুদা তুমখি লোযননা মখোযনা সম্রাজ অমা লিংখৎপগী মংলমম্বা মং অদু অবেম্বা তাখি। তপ্না তপ্না মপাঙ্গল কনখৎলকখি; নিংতম্বা ষ্টেট কয়ামকম থোক্লা শিংকুপ শানা কায়ববা মাবাঠাগী লৈবাক অদু পূনাগী পেশৱাবগী লুচিংবা মখাদা অমুক পুন্না পুনর্শিনখি। গোয়ালিওবগী সিন্ধিয়া, ইন্দোবগী হোলকাব অমসুং বৰোদাগী গাযোকওয়াব খবা খবা চাওবা ষ্টেটশিংগী লুচিংবা ওইবমই। অসুম্না পুনশিল্লবা লৈবাক অসি নোংচুপ থংবা অমদি ময়াই থংবা ভাবতকী লম শিনবা থুংনা শন্দোকখি। অহম্মদ শাহ হুবানিনা মাবাঠাশিংবু পালিপত্তা মাইথীবা পীদুনা থীনা শোষ্টহনবা মতমদা ইংলিশ কম্পনিনা ভাবত্তা লৈবা মখোয়গী লমগী শিংথানবা যাববা শক্তি লৈবা কাংবু অমা ওইখি।

নমথাক তৌদুনা, ওইদবনা অওইবা শাদুনা, লান ইতৌ তৌনদনা বেঙ্গলদা ক্লাভনা খৃঃ ১৭৫৭ তা পলামীগী লান্দা মমাই পাক্লমই; নুমিৎ অদু ভাবত্তা বৃটিশ সম্রাজ মক হুনখিবা অহানবা নুমিৎনি হাযনখি। মসিদগী হৌগ্রে তুরুচ্চবা খাববা পোৎনা মসিগা (তুরুচ্চবসিগা) অমতা ওইনা তিন্নগ্রে। থুনা বেঙ্গল অমসুং বিহাব বৃটিশনা লৌশিনখি; মখোয়গী অহানবা শাসন হৌবকপদা অকীবা ফংনা চাকতাংখি; মবন মথুম লৈববা, পাকচাওববা, মী-কুংনা তাববা প্রদেশ অনি অসিবু খৃঃ ১৭৭০ দা অকীবা ফংনা অৱাবা তাহনখি; তমথীববা চাকতাংবদুনা শকক অশুম থোকপগী শকক অমখক শিখি।

খা ভাবত্তা ইংবেজিগা ফ্রান্সকা খুৎথোক্লখি; কাংবু অনি অসিনা খুৎথোকনখিবসে পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী শকক অমনি; খুৎ থোক্লবা অসিদা ইংবেজিশিংনা মমৈথংদা মাইপাকখি; ভাবত্তগী ফ্রান্সপু মক ফুক্লা তাম্বোকখি।

মদু চাওববা ফ্রান্সপু ভাবত্তগী মক ফুক্লা তাম্বোকপ্রবসু মকোক থোংবা তান্নবা লান্মা অদুম লৈবমই:– লৈবাক কয়ামকম পুনশিল্লবা মাবাঠা, খাদা হাইদবালি, অমসুং বৃটিশ। পালাসিগী লানফমদা লানঙম ফীবান থেক্লুনা, বেঙ্গল বিহাব যৌনা লৈবাক শন্দোক্লবা ফাওবা, ভাবত অপুম্বা শাসন তৌ হায়না মবাইবক তমম্রবা বৃটিশপু খ্বাইদগী মপাঙ্গল কল্লবা শক্তি লৈববা কাংবুনি হায়না ভাবত্তা লৈবা কনামতনা খল্লমদে। কুপ্না যেংশিনবা কনাগুম্বনা মাবাঠাবু খ্বাইগী মকোক থোংবা ওইনা লৌবমই, মাবাঠানা নোংচুপ অমসুং মযাই থংবা ভাবতকী শকক তকখৎলক্লুনা দিল্লি ফাওনা তকশিনখি, মখোযগী মথৌনা লোযননা লান শোক্লবদা হৈ-শিংবা খ্বাই পুম্বনা খংনবমই। হাযদাবালি অমসুং টিপুসুলতান মমান্নবনা লাকচবা যাদবা নিপা ওাক্লি, মবানিনা বৃটিশপু থীনা মাইথীবা পীবমই, ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানিগী মপাঙ্গল মথৌনা থুদেক্লমগদৌবনী। অদুবু মবানিনা ভাবতকী খা মাইকৈদগী হেন্দোকখিদবনা ভাবতকী মবাইবকপু নৌথেকহনবা ঙমখিদে। হাযদাবালি শীংখাব যাবা নিপানা ভাবত ইতিহাসত্তা য়াওবিবা অফাওবাশিংগী মবক্তা অমনি। মজাত্ত মবৈবাক নুংশিবা, তমজনফম ওইবা রাখল চেনবা নিপানি, তুংগী পোবম উবা লুচিংবা অমনা লৈফম থোকপা মগুন মহাক্কী লৈবমই। তমথাবা লাইনানা লিশিংশিংনা থাবা, মশাবু মশানা মগুন ওাক্লা চৎপা, অকনবা অকবা থবক তৌওঙ্গা, মাগী মগুকপা মগুণনি। ঈশিংদা খুৎকন পাঙ্গলবগী কান্নবক্কদবা ঈশিং লমদা পাঙ্গলনা বৃটিশনা মযামগী অকীবা শক্তম লৌবক্কদবা — মযাম্না খংনবাক্তিঙৈদা মহাক্লা হান্না খংখ্রবানি। ময়াম পুল্লশিল্লগা বৃটিশপু তাম্বোক্লবা মহাক্লা শিন্নবা লাক্লবমই; মাবাঠাশিংদা, নিজামদা অমদি ওডকী শুজা উদ্-দৌলাদা মহাক্লা পাও থাবমই। অদুবু মাদু কাবিমগা কান্নখিদে। মশামক্কী জহাজ তেঙ্গোল মহাক শেমগৎ শাগৎপা হৌখি; মালদ্বিপ ইথৎমপৈ মহাক্লা শুদন চাশিনখি, জাহাজ শানবা লোযননা ঈশিং লান তম্বীনবা মফম ওইনা শেমগৎ শাগৎখি। মহাক্কী লশ্মীগা লোযননা চৎমিন্নবিদুন মহাক লশ্মী মপান্দা নোঙ্গাখি। মহাক্কী মচানিপা টিপুনা ঈশিংগী লাশ্মী অমদি জহাজ শেমগৎ-শাগৎপগী থবক মখা তানা চৎখি। গোপালিওন্দা অমদি কোন্সটান টিনোপলগী সুলতান্দা মহাক্লা পাওজেন-চে কযা থাখি।

অবাং মাইকৈদা পঞ্জাবতা বর্ণজিৎসিংতগী মখাদ সিখ ষ্টেট ফাওগৎলকখি। মমৈথংদা ষ্টেট অাস কশ্মীব অমসুং অবাং নোংচুপ ওমখৈদা লৈবা প্রদেশ যৌনা শন্দোবকখি। অদুবু মদু অদুক মতৌজবর্তান মদুনা খ্বাইগী মকোক ওইনা লাঞ্জংলুবা যাবা নত্তে। তবানিপান শুবা খৃষ্টাব্দনা লোয়াশিল্লক্লবদা, চাইনবদা মতিক চাববা শক্তি অনি হায়বদি — মাবাঠা অমসুং বৃটিশ লানফমদা খুৎথোক্লবমই। অতৈ ষ্টেট অমদি লৈবাক মচা অপুম্বা হায়বিবা অনিসিগী মখাপোনবা ঙাক ওইবমই।

খৃঃ ১৭৯৯ দা মহীশবগী টিপুসুলতানবু বৃটিশনা অবোইবা ওইনা মাইথীবা পীখি; মদুনা মাবাঠা অমসুং বৃটিশ ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনি অনিবু মশা মশাগী মপাঙ্গল চাংয়েংগীদমক্ নাখৈ শেংনা লানফমদা চাংয়েং পবিক্ষাগীদমক থাদোকপা ওইনা তৌবম্মী। খৃঃ ১৮০৩ দা ভাবত্তা লৈবা বৃটিশ অফিসাবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মতিক চাববা অফিসাব চালর্স মেকড় (charles Metcalfe) না অসুম্না ইবমই, "ভাবত্তা খুৎকন পাঙ্গলবা অনিদগী হেয়া লৈতে — বৃটিশ অমসুং মাবাঠা, অনিসিগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অতৈ ষ্টেটশিংনা যাম্না মুন্না খংনবমই। ঐখোয়নবু থাদোক্লম্লবদি ইঞ্চি অমফাওবা মখোযনা তান্নদুনা ঙাইদুনা লৌহৌই।" অদুবু মাবাঠা লুচিংবশিংগী মবক্তা অমগা অমগা য়েংথনবকখি; মখোয লান শোক্লজে হায়বদুমঙাই মখোয়বু অমমদা ওইনা বৃটিশনা মাইথীবা পীখি। মমিং লৈবা লানফম খবদা মখোযনা (মাবাঠাশিংনা) লান ঙমখি মক ওইনা খৃঃ ১৮০৪ দা আগ্রা মনাক্তা বৃটিশপু থীনা মাইথিবা পীখি অদুবু ১৮১৮ দা মাবাঠাগী শক্তি, পুন্সিগী অবোইনা ওইনা নৈখাইখি; মযাই থংবা ওইবে হায়না যাবমই। ভাবতপু মশামক্লা শাসন তৌদুনা নত্রগা শকক খবদা লোয়পোৎ হাবা নিংথৌমচাশিং মথক্তা শাসন তৌদুনা বৃটিশনা লান্মা নৈতনা (যেক্লবা লৈতনা) ভাবতকী চাওববা শকক্কী নিংথৌবনা ওইখি। পঞ্জাব অমদি অবোইবদা লৈবা লম খবদি হৌজিক ফাওবা মখোযগী মখুৎ চন্দনা লৈবি; ভাবত্তা বৃটিশ সম্রাজ্য চপচানা লিংখ্রে হাযবসি অচুম্বমক ওইখ্রে; মমৈদা মথংশিংনা শিখ, অমদি গুর্খাগা লাম্বেংনবা লোযননা বর্মাদা লান শোক্লবদি চুম্না মেপ্পা মখোয়গী লম হাপচিল্লকপা ওইনা থোকখি।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## তরামরিশুবা তাংকক

# শিল্লাংবা, খুৎশা হৈবগী লমদা ভারতকী হন্থবা থাক ইংলিসনা মীকোক থোংবা

মতমদুদা হান্না য়েংবদি, তানচারুবনা অমদি খুত্তাচারুবনা বৃটিশনা খুৎথাং য়ৈনা ভারতপু, খুদুম চনশিনখিবা উগনি। শীংনবা য়াবা মনা-মথুমগা য়েংনবদা হোৎনবনা ৱাৎলবা অদুগুম্না মহোৎননা মখোয়না চাওববা সম্রাজ অমা ফংখি; লোয়ননা মদুদগী ফংলকপা মপান নাইদ্রবা লনগৈগী মপান্না পৃথিবীগী লুচিং-শক্তি ফংহনবদা মতেং ওইখি। নিংবা কাইহন্দুনা মখোয়গী আশা খাংতেকনহনবা, থোকখিবা থৌদোক কয়াবু হৰুত্তুনা য়েংবদা লাইনা থোকই। হৌজ কয়াদা হায়দাবাদিনা, টিপুনা, মারাঠানা, শিখ অমদি গুর্খানা মখোয়বু হন্না হন্না মাইথীবা পীগ্রবা। মখোয়গী মরাইবক খজিক লৈবমদ্রবদি ভাবত্তা মখোয়গী লেপ্‌ফম খোংদাফম লৈবমলোইদবনি নত্রগা সমুদ্রগী মপান্দা লৈবা লমদম খবদগী হেন্না মখোয়গী লৈবাক লৈবমলোইদবনি।

মতম অদুদা ওইখিবা ফীবম অদুদা থোক্তবা য়াদবনা কবি থোকখিবা হায়বদু খজিক কুপথনা য়েংশিনবা লাইনা উৎলি। তশেংবমক লাইবক ফবদি, মশাগী লৈজবা শক্তিনা লাইনা উৎলি। তশেংনমক লাইবক ফবনি, মশাগী লৈজবা শক্তিনা লাইবক ফবা ওইহন্দুনা কান্নববু পুবকখি। মতম অদু ভাবত অসি ইতাও তাওবমই, নিয়ম নাইদবা লৈবাক ওইবমই, মসি মোগল সম্রাজ মচেৎ তানা কাইথবকপননি। চহি চা কয়ামকমদি অশুক শোল্লমদে, উপায় লৈতবা ওইবমদে। নিংথিনা শেমগৎ শাগৎলবা শক্তিনা কায়গ্রবদা লমদম অসি খুদোংচাবা থিবা মথৌনা লৈবা লৈবাক জয় তৌনিংবশিংগী মখুত্তা তাখি। হায়বিবা খুদোংচাবা থীবা মথৌনা লৈবশিংদুগী মবক্তা মতমদুদা লানগুম ফীবান থেৎপা গুন্থা শক্তি লৈবদি, মগুণ চেনর্বদি বৃটিশ মতোমতা ঙাইবমই। অবাপ্পা লৈবাক্তগী লাপ্পা লাকপা মীবৈবাক মচা ওইবতনা মখোয়গী খুদোং চাদবা ওইবমই। অদুবু খুদোংচাদবা অদুমক্কা মখোয়গী কান্নবা ওইনা থোকখি। মখোয়গী মতাংদা কনানা লুনা খন্নখিদে; ভাবতকী মপু ওইবদা মতিকচাবা কাংবু অমনি হায়না কনামতানা নিংনবমদে। প্লাসি-লান্‌ফমদা খুৎ থোক্লপ্রবা মতুং কায়নথং ফাওবা কবম্না মং অসি মংনবম্বগে হায়বদু অঙকপা অমনি; দিল্লিদা পানবা মথৱাই মমি শুদ্রবা নিংথৌরেনগী এজেন্ট ওইনা মখোয়গী তৌফম থোকপা মথৌ পাংথোকপনা অবানবা চুমদবা ৱাখল (খ্বাইনা থাজদবা ৱাখল) নুংশাংহনবদা মতেং পাংলমই। লুট তৌদুনা মখোয়না বেঙ্গলদগী পুখিবা, মখোয়না তৌবম্বা লল্লোনবগী নিয়ম্না মখোয়সি শেন অমদি লনথুম পান্থা লৈবাক জয় তৌগে নিংদবা কাংবুনি হায়না থাজহল্লি,ভাবত্তা লান্দাবকগা লুট তৌদুনা অফংবা পোৎ পুবগা মরৈবাক হনখিবা তিমুব অমদি নাদিব শাহগুম, অৱাবা নুংঙাইতবা কয়া পীবন্নবসু মখোয়সু পংকুই কুইবো হায়না থাজনবমই।

লল্লোনবগী থবক পাংথোক্লবগীদমক অহৌবা ওইনা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানি লিংখিবনি; লল্লোন ইতিক্কী থবক ঙাকশেন্নবগীদমক মশাগী লাম্মী শেমগৎ-শাগৎখিবা ওইনা তৌবমই। কনাবুসু খংহন্দনা, খব খবদা ওইনা লম লমগী হায়বদি লৈবাক মশেন খৎনবদা লানথেংনবদা শকক য়াদুনা য়াওশিন্দুনা কনাগুম্না অমবু মহাক্কী য়েক্লবগী মায়োক্তা মতেং পাংদুনা লৈবাক শন্দোকপা হৌখি। কম্পনিগী লম্মীদি নিংথিনা তম্মীরবা নিয়ম নাইনা অমগী মখাদা শেমগৎলম্মী; মসিনা নাকন অমদা শেন তান্নবগী লম্বেন ওইবমই; কনাগুম্ববু তেংবাংবগীদমক শেনফম চাওনা লৌবমই। অসুম্না কম্পানিগী মপাঙ্গল কনবা হেনগৎলমই, লাম্মীগী পাকচাওবা হেনগৎলম্মী। লল্লোনবা মখল অমা ওইনা থমবা ৱাইনবা লাম্মী ওইনা খ্বাইন

খন্নবমই। কনামগী য়েংদনা মশা মথন্তগী বৃটিশনা হোৎনরকপা, ভাবত্তা লম শন্দোকপগীদমক লাকপনি হায়বা খংনবকপা মতমদা মখোয়গী ফীবম চেৎশিনবা লৈবাক অসিদা মখোয়না শেমশাগৎখি।

মীবৈবাক মচাগী বাখলবু য়ানিংদবা, চিংনবা লৈতনা, পোক্লখি; চহি কয়াগী মতুংদা পোক্লবকপা বাখলনি; সধারণ ওইনা খংনবিবা পাকশন্না শন্দোকখ্রবা মবৈবাক নুংশিবগী বাখলগদি মসি ওন্থোক্লা লাপ্না লৈনবমই। লৌপোৎ অমুক্তং হাহনগে হায়না মনুং চেৎনা খল্লগা মপান্দা লম লমগী নিংথৌশিংগী মফমদা বাজ ব্যেবহাব ঙাক্লা চৎলমই। চীনাদা অঙন্বা মশেন লাম্থেংনবা মতমদা তৌখিবগুম অরা অনানা মাইকে শিল্লক্লবদা, তলব নিংথিনা পীবা ঙম্বা, লুট তৌবদা ফংলকপা পোৎ অমদি খুদোংচাবা নিংথিনা য়েম্থোকপা লাম্মী লুচিংবশিংগী মখাদা সিপাই খন্নবমই। ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানিগী লাম্মী মবক্তা ভাবত মচা য়াম্না য়াওরমই। মবৈবাক নিংবদি মাবাঠাদানি; মখোয়গী লুচিংবশিংবু নুংশিবগী মরৈবাকপুনা থোয়না হেন্না নুংশিবমই; অদুন্নদি ওইবগা মতম খবতগী ওইনা উই। মখোয়না চৎপা শাজৎনা মাবাঠাশিংনা বাজপুত লুচিংবশিংবু লাওহল্লমই। বাজপুতশিংগা মকপ শান্নবগী মহুত্তা মখোয়গী লম্বা ওইনা তিন্নবমই নত্রগা শৌ-শৌ লাওবা, মপুক্লিং পেন্দবা মখাপোনবা ওইনা লৈবমই। মাবাঠা-লুচিংবশিংগী মরক্তা অমগা অমগা থীনা য়েংথিনবমই; গেশবাবগী লুচিং মখাদা পুনশিনবদি লায়বদুনা, মখোয় মশেন মবক মবক্তা লানশোক্লবমই। চেকশিল্লকপা মতমদা মখোয় মশেন অমনা মতেং অমমমদা ওইনা মীনা মখোয়বু মাইথীবা পীবমই।

মতিক মগুণ লৈববা মী কয়া মকওইনা বাঙাংবা, লাইবিক লাইশুহৈবা, বাজনিতি বালা লাম্মী, মাবাঠাদা পোকখি, মখোয়গী মবক্তা পনবা য়াই; নানা ফার্নাভিস, পেশ্ববাব মখোয়গী অহানবা, গোয়লিওবগী মাহাদাজী সিন্ধিয়াং অমসুং ইন্দোবগী মশ্বন্ট বাও হোলকাব অদুগা অফাওবা নিপী, ইন্দোবগী বাজকুমাবী অহল্যা বাই। মখোয়গী ফমথোন অমদি ফমথোনশিংগী মকোক মথং নাইবা খুৎশিন নিংথিজবমই, ফমথোনগা কোন্নবা মথৌ কৈদৌনুংদা লাইথোক্তে, খোংফম লেংদনা শিববু মতমপুম্বদা ঙাক্লবমই, লান অমদি শান্তি মতমদা অসিগুম্বা মথৌনাবু শৌগৎলম্না মখোয়গী থৌনা ফবগী থবক অমদি হৈ শিংবা ঙকনিংঙাইনি। পৃথিবী মশক খংলমদবা বানিংঙাইনি; ভাবতকী মমিৎ তয়িৎতনা মখোযগী বাখলগী পনখৈনি। কবিনা শ্বাইদগী ফত্তবা অতৈ নঢ়দা কবি থৌদোক থোকইবা, মখোয়গী য়েকনবনা কবি তৌবিবা-অসিনচিংবা থীজিন্নবগী অবাবা মখোয়না পান্নমদে। অসিগুন্নবা বাখল লিচিং মখাদ মখোয়না তুংগীদমক খম্ববা তৌবমদে, লোয়ননা মহৈ য়ানগদবা লাংথাক লাংলোন মখোয়গী লৈনবমদে। চৎপদা খোংলৈ থুবা, মফম হোংদোক হোংজিন তৌবা মীবৎ নাবৎ য়েংনা খংহন্দবনা য়েক্লববু হুইঙক-য়েংঙক চাহল্লম্মী, জ্ঞান তাহল্লমদে; লেপ্পা লৈতনা মথং মথং ওইনা থৌনা ফনা য়েক্লবগী মাইকৈদা ফুজনববু লান শোক্লবগী মকনি হায়না লৌনবমই; অদুনত্তবা অতৈ অমা লৈবমদে। মখোয়দি ফীদম্মফম ওইবা গোবিল্লা লাম্মীনি। কাইহ্ণংদা মখোয়গী লাম্মী তেঙ্গোলবু থায়নদগী চখবকপা মওংদা হেন্না কনশিন্না শেমশাবমই, খুৎলৈথুবদা, মফম হোংবদা মাংবা অদুক খুৎলাই শীজিন্নবদা কান্নবা ফংই; নৌনা চখনবকপা নিয়ম মখোয়না মশা মশাবু চুশিনহনবা লাইনা থোক্তে। মশাবু মখোয়না শিংই হায়না খঙ্গে অদুগা মতম অমদদি শিংবসু শিংলমই; অদুন্নদি ওইবগা লান্দা নত্রগা যানবা অমা পুবকপদা মখোয়বু য়াহনবদা লুনা থোক্লমদে মবর্মাদ লাম্থোকপা ঙমদ্রবা থায়নগী ওইবা, মতমগা চানদ্রবা কুয়োমনুংদা মখোয়গী বাখল-জ্ঞান ফাজিন্দুনা লৈবম্মী।

নিংথিনা তন্নবা মীবৈবাক লাম্মীনা খুৎশু খুৎলাই শীজিন্নবদা, হায়বা ইনবদা, তশেংনমক, হেল্লি খংনা হেল্লি হায়বা ভাবত্তা লৈবা নিংথৌশিংনা হান্ননা খংলমই। মখোয়গী (নিংথৌশিংগী) লাম্মী তন্বীনবা ফ্রেন্স অমসুং ইংলিস অফিসাবসিংবু তলব পীজদুনা থন্নমই, জাত্তি অনি (ফ্রেন্স অমসুং ইংবেজি) অমগা অমগা যেংথিনবনা ভাবতকী লাম্মী শেমগৎ শাগৎপদা খুৎলোয়ননা থোকখি। সমুদ্রা ঈশিং শক্তি লৈবনা কান্নবা অদু হায়দাবালি অমসুং টিপুসুলতান্না মুন্না খংলমই, নবানি ফনা কন্নদি হোৎনবমই অদুবু সমদ্রদা ব্রিটিশকা লম্বা তৌনবা সগাজ লাংখৎপদা মতম চাখিদে (থেংমনখি)। মাবাঠাসু মাইকৈ অসোমদা হোৎনবদি হোৎনখি। ভাবত, মতমদুদা, জহাজ শাব লৈবাক অমা ওইখি, অদুন্নদি ওইবগা, তেনখ্রবা মতম মনুংদা, য়েক্লবগা তত্তনা মাইয়োক মাইয়োক্লনা জহাজ শাবা, ঈশিং লাম্মী শেমগৎপা পংলায় লাইবমদে। ফ্রেন্সপু মকা ফুক্লবদা ভাবত

নিংথৌশিংনা নেক্কুনা থম্বা লাম্নীগী ফ্রান্স অফিসাব পুম্বা ভাবত থাদোক্কুনা চৎপা তাখি। মতমদুদা লৈহৌবা মীবৈবাক অফিসাবদি মক্ত ওইনা বৃটিশ অফিসাবশিংনা চেকশিল্লক্কবা মতমদা মখোয়বু তলব পীদুনা থমইবা ভাবত নিংথৌশিংবু তত্তনা থাদোক্লমই, কবি কবিগুম্বা মতমদা (লান শোক্কবা মতমদা) অনেকপা তলব পিদুনা লৈবা বৃটিশ অফিসাবশিংনা মখোয়গা, লোয়র্নাববা লাম্নী অমদি লছুম পুদুনা য়েক্কবগী (বৃটিশকী) মাইকৈদা চেনশিন্দুনা ভাবতকী নিংথৌবু নমথাক তৌনা লমজিংলম্মী। মীবৈবাক্কী অফিসাবশিংবু থাজব্বনা, ভাবতকী মপাঙ্গল মথৌনা লৈববা নিংথিনা শেমগৎ-শাগৎলবা লাম্নীবু যাম্না য়ামহল্লমই; লোয়ননা থাজফম খোক্কবা খুদোংথীবা কয়াগী তমথীববা ইযাইদা লংথবমই। লৈবাক শাসনগীদমক অমদি ভাবত নিংথৌশিংগী ঙাকশেনবগীদমক মপাঙ্গল কল্লবা মঙাশুবা লাম্নী তেঙ্গোল অমা বৃটিশনা মতমপুম্বদা থল্লম্মী।

ঙাৰবু চপ মান্ননা নুংশিবা চপ মান্নবা মিৎয়েংনা য়েংবা, মবৈবাক নুংশিবা অপুনবা থম্মোই—অসিনচিংবা চপ মান্নবা, মাবাঠাশিংনা সিভিল অমদি মিলিটবি শেমশাগৎপদা খুমাং চাওথবম্বাদ, ভারত্তা লৈবিবা অতৈ শক্তিশিংনা থোয়না হেন্না হস্তফম থোকই। মীতক মথৌনা ফনা লৈববসু, শক্তমতদা মফজবা মনুং মপান থিংনা যেংবদা মতিক চাদুনা, থায়নগী ওইবা ফিউডেল (জমিদাব) সিসটেম মখাদা, বাজপুতশিংনা লৈবমই; চীংমান্দা তাবা লৌমীশিংদগী ফাওবা মখোয়না লম মমল পীদুনা লম শীজিন্নবমই। লম মমল পীবা মীওই অমগী হায়বা ইনবা ৱাখলদগী লম মপু ওইবগী ৱাখল ফাওবদা মচু শংলকপনা, কোক্তবনা মখোয় অযাম্বনা (বাজপুট অযাম্বনা) মবাই চাইথবক্কবা দিল্লিগী পৱাব মিচং চংলমই। মসিনা কানবা ফংহন্দবা যৌনা দিল্লিগী পৱাব (শক্তি) গী মপাঙ্গল কা হেন্না থিনা শোল্লমই, বাজপুতশিংগী পাঙ্গল যাওবক্কে, অতৈ কাংবু কযাগী সান্নপোৎ ওইবকলে, মমৈথংদা মাবাঠা, সিন্ধিয়াগী খুৎ চনখি। মখোয়গী মবক্তগী লুচিংবা খবদি মশাবৃ ঙাকচানবগীদমক, চাং অমদ কাযদনা লেপ্পা ঙম্নবা কন্না হোৎনবমই। অৱাং ভাবত অমদি মধ্য ভাবত্তা লৈবা পাঙন নিংথৌ অমসুং লুচিংবা কযাদি বাজপুটকুন্না, মখোযগী ৱাখলদা, মীখাপোল্লম্বা শোৎথহৌববা ওইনা লৈবমই। প্রজা মীয়ামগী অৱাবা অমদি চবাংনবা থোকহনবা নত্তনা মখোযগী মবক্তা কবিগুম্বা খেৎনবা অমতা লৈবমদে। মখোয়গী মবক্ত খবদি মাবাঠাদা হ্বাইদগী মকোক ওই হায়বদু মশা মশানা য়াখি।

নেপালগী গুর্খাদি ডিসিপ্লিন লৈববা নিংথিজববা লাম্নীনি; লাম্নীশিং অদু ইষ্ট ইণ্ডিযা কম্পনিনা শেমগৎলকপা লাম্নীগা মকোকমক থোংবা ঙমদ্রবসু, লেংমান্নবা ওইনা তৌবমই। মপুংওইনা মীখাপোনবা ওইনা শেমগৎলবসু, মবৈবাক নুংশিবনা কনমনখিবনা অসিগুম্বা ৱাখলগী ইথিন্না, মাইযোক্কবদা কনা'মনা মাইথীবা পীবা ঙমদবা লাম্নী ওইখি। বৃটিশপু মখোয়না অকীবা পোকহনখি। অদুগা ভাবত্তা মকওইনা শোক্কবিবা লান্‌ফমগী মতাংদদি থোযনা খেন্নখিদে।

মাবাঠানা লম শন্দোকখিবা, অৱাং অমসুং ময়াই ভাবতকী পাক্কা শন্না লৈপ্রবা লমদমদা, মশাবু মশানা কন্না ফীবম চেৎশিনহন্নবা তৌবমদে। মখোযনা লাকউ, চৎলি মবা তান্নবদি খক হোৎনবমদে। লান শোক্কবগী ফীবান মমাইনা ঙহাক লৈতনা হোংব নায়বনা কনামতনা মবাতাবা ঙম্নবমদে। বৃটিশকী মখাপোনখ্রবা নত্রগা বৃটিশনা ঙমখ্রে হায়না মশানা য়াখ্রবা লৈবাক কয়ামকমদি, হান্নদগী য়াম্না কা হেন্না ফীবম শোকচিল্লমই, অদুগুম্বা লৈবাকশিংদা বৃটিশনা নত্রগা মখোয়গী শাসন পুবা কাংবুনা মবা তাবা ঙম্লমই।

মাবাঠাশিংনা (অমদি ভাবতকী অতৈ শক্তিশিংনা) মখোযগী লাল্লোংদা মপুং ইফা ফাদ্রবদি লোয়ননা খুদোংথিবা মাযোক্কনা লানথেংনবা তাববদি ভাবত্তা লৈবা বৃটিশতি ওইজবা থিবা শেনতানবা ওইনা লাম্থেংনবনি। বৃটিশ লুচিংবা অয়াম্বা মতিকচানা মথৌনা ফবমই, অদুন্নদি ওইবগা তোঙান তোঙানবা থবক্তা চংবনা মখোযগী পোলিসি মতুংইন্না খুদোংথীবা মাইযোক্কনা শোক্কদবা যাদবা মওংদা মতিক উৎপমক্তি নৎলমদে। এডৱার্ড ঠোমন্না ইবমই "ভাবত নিংথৌশিংগী কোট্টতা, ইষ্ট ইণ্ডিযা কম্পানিগী সেক্রেটার্বশিংবু মথং মথং ওইনা অমমমতা নত্রগা পুন্না শমন থাদুনা কৌবমই, মতমদুদা কোট্টতা পুন্না লাকপা বৃটিশশিংদু অসুক্কী মতিক যামই অদুক য়াম্নদি বৃটিশ বাজগী কবিগুম্বা মফমদা কবিগুম্বা মতমদা লৈবমলোই। মতমদুদা ভাবত্তা লৈবম্বা বৃটিশশিংনা মথৌমক ওইনা মকওইনা কোর্টতা শেন যাম্না পীজদুনা মন্ত্রিশিং অমদি অঙম্বাশিংবু মবানাশিবমই।"

ইতিহাস ইব অমনা হায়, " মখোয়না লোম্না য়েংবা মিংয়েংদি (CID গী মিংয়েংদি) মপুং ফারমই। কোর্ট্র অমসুং লাম্মীগী অৱাবা পাও মপুংফানা মখোয়না লৌরমই; বৃটিশনা করি তৌরি অমদি তৌগদৌরি হায়বা করিমতা খংদনা অৱাবদা তারবা ভারতকী কোর্ট্র, অমদি লাম্মীনা মতমদুদা নিংঙাইদনা লৈথোকই। বৃটিশকী মঙাগুবা লাম্মী তেঙ্গোলদু লেপ্পুনা চত্থরমই; অদুম্নদি ওইরগা লানফম লুশিল্লক্লবদা অমদি লান্না কনশিল্লক্লবদা বৃটিশ অফিসারশিংনা (মখোয়বু তলব পীজরিবা) ভারত-নিংথৌশিংগী মাইকৈ হঞ্জলমদুনা মখাদা লৈবা লাম্মীগা কোন্ননা বৃটিশকী মীচং হেক্তা চংলমই; অসুম্না ৱাখলগী ৱাংমদা থীনা খেৎনবা কয়া থোকহল্লি। করিগুম্বদা চপচানা লাহ্চেংনদ্রিঙেদা, লান অয়াম্বা মখোয়তনা ওন্নমই। পল্লাসিগী লান্‌ফমদসু অদুমঙাই; অসুম্না হন্না হন্না চত্থরকপনা সিখ-লান-ফমশিংফাওবা চত্থরকখি। অসুম্না বিশ্বাস খাটক তৌবগী মতাংদা থালিওয়গী সিন্ধিয়াগী থবক তৌবা য়াম্না চাওরবা অফিসার অমগী মতাং নিংশিংবা য়াবা খুদম্লি, সিন্ধিয়ানা বৃটিশকা লোম্না য়ান্নবা অমা পুরক্লবা মিকুপ অদুমক্তদা লানফমদা মখোয়গী (বিশ্বাস খাটক তৌদুনা য়েক্লবা রোমদা য়াওশিনখিবা অচৌবা বৃটিশ অফিসারগী) মথক্তা লান্দাদুনা মাইথীবা পীখি। মমৈথংদা (চহি খরগী মতুংদা) সিন্ধিয়াবু বিশ্বাস খাটক তৌখিবা নিপাদুন সিন্ধিগী লৈবাক মচেৎ অমা পীদুনা অনৌবা ভারতকী ষ্টেট মচা অমা শেমগত্তুনা লৈবাক মচাদুগী নিংথৌ হাপখি। ষ্টেট মচাদু হৌজিক ফাওবা লৈরি অদুগা নিপাদুগী মমিংবু হৌজিক মতমদা ফুঙ্গিংগী মমিং শোন্নবগুম, বিশ্বাস খাটর্ক, নমথাক অমদি অৱা অনাগী মতাংদা মীয়াম্না পন্নবা মিং ওইখি।

য়াম্না মতিকচাবা লুচিংবা কয়া লৈরবা বৃটিশনা খোং-তোন মান্ননা নিংথিনা শেমগৎপনা, রাজনিতি অমদি মিলিটরিগী, লেংমান্নবদগী হেন্না ৱাংলবা, থাক্কী ফীবমদা অসুম্না বৃটিশনা লৈরমই। অৱাবা তারবা ভারত নিংথৌশিংদগী হেন্না মখোয়না পাও লৌরমই; ভারত্তা লৈবা পৱারশিংনা অমগা অমগা য়েংথিনবা অমদি তিন্নবা য়াদবা অসিপুম্বগী খুদোংচাবা লৌরমই। ঈশিংলমদা মখোয়না মকোক থোংবনা মখোয়গী ফীবম চেৎশিলহল্লমই লোয়ননা মখোয়গী শেঙ্গুম মচাকমরল হেনগৎলহনবদা খুদোংচাহল্লমই। ঙহাক্কী ওইনা মাইথিবা ফংলবসু মখোয়না ফীবম হঞ্জিন্দুনা অমুক হন্না তকশিন্না ঙন্নমই। লাম্মীগী লান মতুংদা বেঙ্গল খুৎ চনশিনবদা, মারাঠা অমদি কাংবুগা লানশোক্লবদা মতেং ওইনবা, লঙ্কুম অমদি মচাক মরন মরাং কায়না মখোয়দা পীরমই। ভারতকী পৱারশিংবু তোইনা মাইথীবা পীবনা থোকহনবা মাংতাকহনবদি অমুক হন্না ফহনবা ঙন্নরোইদৌবনি।

লান শোক্লবা, লান্দারকপা অমদি লুট তৌখিবা মরমনা মধ্য ভারত, রাজপুতনা, খা অমসুং নোংচুপ্পা লৈবা শরুক খরদি মাংতাক্লবা, হাৎনা-শুনবনা থল্লবা, লৈবদা ইংদ্রবা, অৱাবা-অনংবনা খুরক হাংদ্রবা লম ওইখি। লাম্মীশিংনা লৈবাক শিনবা থুংনা চৎলমই; মখোয়না ইরোইননা, লুট তৌবা হুরানবা কাংবু কয়া'মসু কোইচৎ চৎলম্মী, মফমসি অদুদা লৈবা মরাইবক থীরবা মরন মথুম মান-চাং মাংহনবীবা নৎতনা মখোয়গী ফনবা করি অমতা তৌবীরমদে। থার্টি ইয়ারস ৱার (চহি কুন্থ্রাগী লানফম) মতমদা (মধ্য) ময়াইথংবা ইউরোপকী ওইখিবা ফীবম ভারতকী মফম খরগীগা পান্ধকনি। মফম খুদিংমক্তা ফীবম ফৎচিল্লক্তে; বৃটিশনা খুৎচনবা নত্রগা লৈঙাকলোন মকোক ওইবা লমশিংনা অমুক্তা হেন্না থোয়না ফৎলমদে ----- মাদ্রাজ নত্রগা ওউডতা লৈবা মীখাপোন্দবা ষ্টেটশিং অমদি হায়দ্রাবাদনা উৎলিবা অৱাবা খোইশাওরবা মংনা তাইবং মং ফাওনবা পিকচর (লাইয়েক) মসিদগী হেন্না মংলান ওইবা করিমতা লৈতে। চাংদম্নবদা, নানা-না (নানা ফর্নাডিস মারাঠাগী ষ্টেযসমেন্ন) শাসন তৌবা লমশিংদি মরাচেৎনা লৈবা লৈবাকশিংগী মরক্তা মরুদনগুম্বনি অসুম্না এডৱার্ড ঠোমসন্না ইরমই।

মতমসিগী মমাংদা, মোগল সম্রাজনা মরাই চায়থরবা ফাওবদা ভারতকী অয়াম্বা শরুক্তি তোপ তোপ্পা ইরাং হৌদনা লৈরমই। মনিংমখা তম্বগুম তমদবগুম তৌনা পাল্লস্বা মোগলগী ভাইসরোয় অল্লাৱার্ডিনা পানবা মতমদা, বেঙ্গলদা ইংনা নিয়ম নাইনা লৈবাক লৈঙাক চত্থরমই, লল্লোন ইতিক অমদি কারবারনা চাওখৎলম্বনা প্রদেশ অসিগী লঙ্কুম চাং হেনগৎহল্লমই। অল্লাৱার্ডিনা শিগ্রবা মতুং খর লৈরগা পাল্লমী লান (১৭৫৭) থোক্লম্মী, তশেংনমক মখোয়না নিংবদা তৌদুনা, মপুংফানা নিংতম্নবসু ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনিনা, দিল্লি নিংথৌরেনগী, মশামক এজেন্ট ওইরমই। মতুংদা কম্পনিগী, মখোয়গী এজেন্টশিংগী অমদি মখোয়না মরী লৈবশিংগী পক্ষদা বেঙ্গল লুট তৌবা হৌখি। পাল্লসি লানগী মতুং চহি খরা লৈরগা ময়াই থংবা ভারত্তা ইন্দোরগী অহল্যা বাইনা পানবা হৌখি; চহি ৩০ (১৭৬৫-১৭৯৫) পানখি। মতম অদুক শাংবদু মপুং ফানা ইংনা নিংথিনা

শাসন তৌদুনা লৈবাক প্রজা য়াম্না চাওখৎখিবনা ফুঙ্গা ৱারীগুম খ্বাইনা খন্নখি। মহাক মতিকচাবা লৈঙাককী অমদি শেমগৎ-শাগৎ হৈবী ওইরম্মী, হিংলিঙৈদা মতিক চানা খ্বাইনা ইকাইখুম্নরম্মী; মহাক্না শিগ্রবা মতুংদা মথৱাই নুংঙাইরবা প্রজানা মহাকপু লাইনিংবীনি হায়না খন্নরমই। মতম অসিমক্তদা, ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানিগী অনৌবা শাসন মখাদা, বেঙ্গল অমসুং বিহার মাংতাকথরক্লবদা অমদি নিয়ম নায়না লুট তৌবগী থবক চত্থরক্লবদা রাজনিতি অমদি ধর্ম্মনিতিগী মতাংদা লৈবাক ইরাং থোকহনলমই, অকীবা ফংনা চাক-তাংহল্লম্মী; অদুগা ময়াই থংবা ভারত লোয়ননা ভারতকী শরুক খরদি নিংথিনা চাওখৎলমই।

বৃটিশকী মপাঙ্গল অমসুং মবল নিংথিনা লৈরমই; অদুম্নদি ওইবগা নিংথিজবা শাসন নত্রগা লৈবাক ৱারোনগী দায়িদি কবিমতা খংলমদে। ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনিনা মবনাইতগী ওইনা খল্লমই লম্বুমতবু মিহৌবমই; মখোয়গী শাসন মখাদা লৈবা মীশিংগী চাওখৎনবা, ঙাকশেন্নবা থবক্তা মপুক্লিং কবিমতা চংলমদে। মরুওইনা মখোয়গী খুৎখা থানা লৈবা ষ্টেটশিংদা পাঙ্গল অমসুং দাযি মপুং ফানা তোখায় তাহল্লমই (তিন্নহল্লমদে)।

মাবাঠাশিংবু বৃটিশনা লৌশিন্নবা লোইননা মখোয়গী খুৎচল্লবা লমশিংগী ফীবম চেৎহল্লবা মতমদা লৈবাক শাসন তৌনবা মাইকৈদা মখোয়গী পুক্লিং লৈশিল্লক্লমই; লোয়ননা ওস্থোকপা মওংগী হুকুম তৌবা হৌখি। মখোয়গী মখা পোল্লবা লৈবাকশিংদা যাম্না তথা অহোংবা পুবকলমই; মখোয়না ঙাকশেন্দনা লৈবা লৈবাকশিংদা শাসনগী শক্তিগা দাযিত্র পুবগা তিন্নহল্লমদে।

কাওগে হোৎনবদা অহোইনদুম ঐখোয়না তত্তনা নিংশিংই, লৈবাক ইবাং হৌবদগী, নিংথৌপান্দবগী মবম ওইদুনা লৈবাক ইবাং তৌবা, লৈবাক কায়বদগী বৃটিশনা ভাবতপু কনবীখি। অসিগুম্বা অৱাবা মতমদা মখোযনা নিযম নাইনা শাসনগী থবক পাযখৎলক্লমই হাযবা মখৈদি চুমই। অৱাবা মতম অদু মাবাঠাশিংনা "অৱাবগী যুগ" হায়না মিংথোল্লমই। অৱাবা লৈবাক কাইবা থোকখিবসি, ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনি অমগী মীহুৎশিনবশিংনা, মসিমক থোক্লবা শিনবদগী থোকখিবনি। অসিমসু ঐখোয়না খনবা যাই, খৌবাংনা ঙাইনববা বৃটিশকী অফবা অফিসশিং অদু লৈবমদ্রবা ফাওবদা, যাম্না শক্তি ওইবা অফবা সবকার অমা মশানা লৈজবা য়ারম্বনি ভাবত্তা, মকোকথোংবা তান্নবগী লানফমদা লোয়শিনবগা লোযননা। চহি ৫,০০০ শুববা ইতিহাসকী তাংকক্তা, অতৈ লৈবাকশিংদা ওইখিবগুম ভাবত্তসু শেমগৎ শাগৎপগী থবক তৌবম্নবদি (পাযখৎলমলবদি) মশানা অদুম্না খংনবগদবনি।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## তরামঙাশুবা তাংকক

# রণজিৎশিং অমসুং জয়সিংহ

ভাবতকী লৈজবা মীশিংনা মতিকচাদবনা, মীবৈবাক লান্দাবকপা কাংবুগী মখুত্তা ভাবতনা তাখিবসি শেংলবনি লোয়ননা বৃটিশনা সমাজগী অমদি লৈবাক্কী মীথক থোংবা ওইপি। লুচিংবশিংগী মবক্ত মাইকৈ অনিমক্তা মত খেৎনবা লৈবদু মযেক শেংনা উৎপদা নত্তনা মাইকৈ অতৈদা কবি থোকলিবগে হায়বা খংদে, মশা মশাগী ভুম্না শক্তি লৈন লৈনা মখোয়গী রাখল অমসুং থবক তৌথোবকপদা কলেজা পীকই মঙম শাল্লমই; মসিপুম্বনা মবম ওইদুনা অহোংবা লাকপা লাকপা মশাবু চুশিন্নহনবা ঙম্লমদে। মীপুম খুদিংদা অঙকপা অমা ফাওবক্লবা ফাওবদা মখোয়বু অমদি মখোয়গী মীশিংবু বন্দি ওইহল্লিবা মকোন অদু মখোয়না থুগায়বা ঙম্লমদে। অমবোমদনা সাহেবশিংদি পৃথি ফাওনা শিংলমই; মবৈবাক্তা ফ্রান্সতা আমেরিকাদা থোকইবা থৌদোক্লা মখোয়বু লুখম পাযদুনা হাই লোয়ননা নমদুনা রাখল খলহল্লি। অচৌবা লানহৌ অনি থোক্লম্মী। ফ্রেন্স লানহৌবশিংগী লাঞ্জং অমদি নেপোলিয়ানগী লাঞ্জং অনিমক্তা লানশোক্লবা মশোক্লা বিজ্ঞানগী ওইবা লালওং পুমতোং তোংহল্লমই। খাইদগী হেন্না পংলবা সাহেবনা ভাবত তান্না লাকপদা মহাক্কী খোংচৎকী লম্বীদা তোঙান তোঙানবা মখলগী পৃথিবীগী শক্তমত উবা ফংলমই। মতমদুদা লৈবা কনা'মতনা তুংদা ওইবক্কদবা আর্থ অমদি মওং কাবমতা খংদ্রবসু খুৎশা হৈবা কল কাবখানা লিংখৎপা পামদুনা হৌবকপা ইবাংনা ইংলণ্ড মকদা অনৌবা কযাম পুথোকলকখি। হৌবকইবা ইবাংনা মফমদুগী মীশিংনা থবক শুনিংবগী ঈহৌগী শক্তিনা অনৌবা মপাঙ্গল মথৌনা হাপ্লমই। মদুগী মকমদগী কাপথোবকপা পাকচাওনা শন্দোক্লকপা শক্তিনা বৃটিশপু থাপত্র-থাপখ্রবা লমদমদা থাখিবমই।

লান অমসুং মীযামগী খোল্লাওনা নাকোংশিংজা যৈবম্বা খোঞ্জেয়া পীক থল্লবা ভাবতকী ইতিহাস ইবম্বশিংদু বাজনিতি অমসুং মিলিটবিগী মকোক ওইবা মতমদুগী মীঙাক ওইবমই। ভাবতকী মপুক্লিংদা কবি খনখিবা, সমাজ অমসুং অর্থনিতিগী চৎনবোন্না কবম তৌবন্না, মসিপুম্বা কবিমতা ইবমদে হাযবমদে। চম্মোৎনববা অসিগুম্লবা বেকোর্ড অসিদগী মতমদুগী অমদি ঘটনা কয়াগী রাবি মচিন কাংলকই। অকীবা রাখল ইপাক্লা ইবাক্লববা মতমদুগী মীশিংদু খোংপাক্লা তা-হৎপগুম তৌবমই লোয়ননা চোকথবম্মী (ইহৈ-হৈনিংলমদে), মীগী অরাবদা নুংঙাইবা পোক্লবা, যৈবা-ফুবদা জ্ঞান মাংলবা, জ্ঞান মাংখিদুনা অঙকপগী রাখল মাংথ্রবা অসিগুম্না মখলগী হুকুমদু মশানা য়ানিংদনা মতমদুগী মীশিংনা য়াবা তাবম্মী। অদুম্নদি ওইবগা মতমদুদা শান্নবম্বা অনৌবা শক্তি খংনবা লাক্লবা অমদি খংউ-উকবদা অঙকপা পোকপা অসিগুম্না মীওই কয়া লৈবমদবা নত্তে। অদুবু ইথক নাইনা হৌবকপা থৌদোক্লা মখোযবু চম্মমনহল্লম্মী, মখোযদি কবি অমতা তৌবা ঙম্লমদে। পঞ্জাপতা নিংথৌপানবা লৈবাক শেমগৎলম্না, মমৈদা কশ্মীব অহুম, অরাং নোংচুপ ভুমশৈগী লমদম ফাওবা লৈবাক শন্দোকখিবা, জাট সিখ অথোইবা মহাবাজ বণজিৎসিংহ মতমদুগী অঙকপা মী থনগী মবক্তা অমনি। ফত্তনা হৈনখ্রবা লমচৎ-শাজৎ কয়া লৈববসু থবক্তা ভুমখিদবা কয়া'মা য়াওখ্রবসু মহাক শীংথানবা যাববা নিপা অমনি। জেকক্যুইমন কৌবা ফ্রান্সকী নিপা অমনা মহাকপু অসুম্না হায়বমই, "ঐহাক্লা হেক থেংনবকপা ভাবতকী মীশিংগী মবক্তা মহাক অসি কা হেন্না মথৌনা ফবা, খংজিনবা পান্না ইহান হানবা নিপা 'মনি, অসিগুম্না মহাক্কী অঙকপা মগুণনা নমদুনা জাত্তি অপুম্বগী মিনুংশিবু মাহাক্লা লাযনা ফংলমই।" মহাক্লা রাবী শাৰ্বদি অচুম্বা মীগা (মংদা রা ঙাংবা মীগা) বাবী শাবগা অক্মানি। মসিসু নিংশিংগদবা, মদুদি নিযম অমা ওইনা, ভাবত্ত লৈবা মীশিং অসি রা ঙাংথোকপদা চেকশিনবা জাত্তিনি, অদুগী মথক্তা মখোয়গী মবক্তা লৈবা মী কয়া যাওবমই।

তৌথোরকপা থবক্কা, অকীবা পোকহল্লবা থবকশিং অসি তৌরকইবা মপান-লৈবাক্কী মিলিটরি লুচিংবশিং অমদি মপান লৈবাক্তগী লাক্কুনা ভারত্তা থৌনা উৎলরিবা মীশিংগা ভারত্তা লৈবা কনা'মতানা তিন্ন-লোয়নবা তৌদে। অসুম্না মরৌশিং লৈরবা কাংবুনা মখোয়গী মশাগী মগুণবু হেক ঙম্মীবমখে মপানগী মীশিংবু খংহন্দনা থুপ্পা থম্লবা হোৎনরমই, অবস্থানা য়ারক্তদুনা ফুদোকপা তারবতদা খংনবদু মঙাই। সাহেবশিং অমদি মপানগী মীওইশিংগা মহৌশানা উন্নরিবা ভারতকী মীশিংসি অয়াম্বনা মশাগী ওইজবা থীবা কাংবু, সাহেবপু খনবা মীনায়-মীশন কাংবু নত্রগা মন্ত্রিশিং অমদি ভারতকী রায়েনশংদা তত্তনা চিরোন-খাবোন তৌবা অমদি শেঞ্জা-থুমজাদা হৈনবা কাংবু ঙাক ওইরমই।

রণজিৎসিংহ শিংনা খংজিন্নবা অমদি পুথোক্লবা পক্লবতা নত্তনা ভাবত অমদি পৃথিবী পুম্না থম্মোই য়াওদবা মীনুংশি খংদবা কুয়োম্না কুপপ্লবা মতমদা, মহাক মমিংচৎনা মীনুংশি চাওরমই। মহাক্না লৈবাক শেমগৎলমই, লাম্নী মপাঙ্গল কনখৎহল্লমই অদুম্নদি ওইরগা ই-নাই তানববু মহাক্না পাল্লমদে। অরানবা অকায়বা থবক শুকতৌ তৌদনা, অসুক চাওখ্রবা সম্রাজ, অসিগুম্বা মী অমনা কৈদৌঙেদা শেমগৎখিদ্রি" প্রিন্সিপ্পা হায়রমই। তৌকরিবা অরানবা থবক্কা, ফন-থিনা চাওখ্রবা ফাওবদা, অসিগুম্বা অচৌবা মবানগীদমক, অঙাং ওলহনবগী দণ্ডি পীবা, মহাক্না চৎনহনখিদে; অদুগী মতম অদুমক্তদা মমল যাওদ্রবা পোৎ শুবগীদমক ইংলণ্ডদি হাৎপগী দণ্ডি পীবমই। মহাক্না উন্নরুবা ওসবোর্নননা ইবমই, "তশেংবা, লানফমদমক নত্রবদি মহাক্না মীগী মথৱাই লৌখি হায়বদি করিমতা খংনবমদে অদুম্নদি ওইবগা মহাকমক্কী মথৱাই লৌগদবগী অমুক্ত নত্তনা হোৎনখি; চাওখৎলবা নিংথৌ কয়া কয়াগী মতমদগী হেন্না মহাক্কী মতমদনা ওৎনৈবা লৈতবা থবক্কী মশীং হুম্বরমই, শুকলৈ লৈবমদে।"*

বাজপুতদা লৈবা জয়পুবগী সৱাই জয়সিংহ অতোপ্পা মখলগী ভারতকী ষ্টেসমেন অমনি। মমাং থানা অঙনবা মতমদা মহাক লৈবমই; ১৭৮৩ দা মহাক লৈখিদে। আওবঙ্গদেবনা শিশ্রবতুংদা ওইরকপা, লৈবাক কাংখোং চায়নবকপা মতমদা মহাক লৈবমই। মথংমথং যাম্না থুনা লাকপা অওনবা, অৱা অনা কয়া কোক্লবা হোৎনখিবা অশিংবা নিপা অমনি। দিল্লিদা পানবা নিংথৌরেন্না খ্বাইদগী মকোকনি হায়বা মহাক্না হায়রমই। খুমাং চাওশিল্লকপা বামাঠাশিংনা, কা-হেন্না কনখৎলকপনা লাকশিনবা য়াররোই হায়বা মহাক্না খংলকপা মতমদা, নিংথৌবেনগী মহুৎশিন্দুনা মখোযগী(মাবাঠাশিংগা) মহাক্না য়ানবা অমা পুরক্লমই। মদু ঐহাকপু নুংঙাইবা পোকহনবা, মহাক্কী বাজনিতি অমদি মিলিটবি থৌশিল নত্তে। মহাক মথৌনা লৈবা লাম্নীনি, মপুংফাবা মগুণ লৈবা ডিপ্লোমেটনি, অদুগা মসিদগীসু মহাক্কী অহেনবা খবা লৈরমই। মহাক অঙ্ক হৈবা মীনি, পাঞ্জিনি, বিজ্ঞানিকনি, সহবগী কায়াৎ-শক্তম পুথোকপা ঙম্বা মীনি; লোয়ননা ইতিহাস থিজিনবদা মহাক মথৱাই যাওরমই।

জয়পুব, দিল্লি, উজ্জয়ীন, বেনাবস অমসুং মথুবাদা চাওরবা ওবজাভেটরি কয়া (গ্রহ, উপগ্রহনচিংবা যেংনবা অৱাংবা দলান) জয়সিংহনা শারমই। ধর্ম্ম শন্দোকপা পর্তুগীজশিংগী মফমদগী এষ্ট্রোনোমি (গ্রহ উপগ্রহশিংগী মতাংদা নৈনবা বিজ্ঞান) পোর্তুগালদা য়াম্না চাওখৎলমই হায়বা খংদুনা ধর্ম্ম শন্দোকপা পর্তুগীজ কাংবু অমগা লোয়ননা মহাক্কী মী খরা পর্তুগীজগী নিংথৌ ঈম্মানুয়েলগী কোট্রতা মহাক্না থারমই। ডি-লা-হিরাগী টেবল (এষ্ট্রোনোমিগী অরায়বা চার্ট) পুহন্দুনা ইম্মানুয়েলনা মহাক্কী বাজদূত, এক্সভিয়াব-ডি-সিলভাবু জয়সিংহগী মনাক্তা থারক্লমই। মহাক মশামক্না শেম্না টেবলগা মখোযগীগা (পর্তুগীজদগী পুবকপা টেবলগা) চাংদম্নদুনা য়েংবদা পর্তুগীজগী টেবলদি কুপশিনবা ৱাংলি অরানবা কয়া য়াওই হায়না জয়সিংহনা ৱাবেপখি। শীজিন্নবীবা মন্ত্রশিংনা ইনফেরেয়িার ডাইয়েমিটর ওইবনা (গ্রহ উপগ্রহ ওষ্ঠোক ওনশিন তৌবদা য়ৌবা ৱাৎপনা) মখোয়গীনা শোয়বনি হায়না মহাক্না লৌরমই।

জয়সিংহদি, তশেংনমক, ভাবতকী ওইবা অঙ্ক খুদিংমক নিংথিনা খংলমই; থাইনগী গ্রীকশিংনা করম্না বিষয় অমমমবু শেমগৎলকপগে হাযবদু মহাক্না কুপ্পা থিজিন্দুনা খংজিনখি; তোঙান তোঙানবা অঙকপা ইউবোপ্পা হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা চংশিল্লকইবা চাওখৎ খোংথাংসু মহাক্না খংলমই। গ্রীক্কী লাইবক কয়ামরুম (ইউক্লিডনচিংবা), অচুম্বা অমদি অকোয়বা মখলগী ত্রিগোনোমিত্রিগী মতাংদা ইউবোপ্তা পুথোবকপা কয়া, সংস্কৃতা হন্দোক্লবা লোগাবিঠমস শীজিন্নবা অমদি শাগৎপা পুম্বা মহাক্কীসু লৈবমই। এষ্ট্রোনোমিগী মরমদা অরাবি লোন্দা ইবা অদুসু মহাক্না হন্দোকহল্লম্মী (ভারতকী অতৈ লোন্দা)।

মহাক্না জয়পুর সহর শেমগৎখি। টাউন-প্লানিং মথন্নাই য়াওবনা, মতমদুগী ওইবা ইউরোপ্তা লৈবা সহর কয়াগী প্লান খোমজিন্দুনা কুপ্পা য়েংলগা মহাক্না পাম্বা মাগী ওইবা প্লান মহাক্না পুথোকখি। মতম অদুগী ইউরোপকী সহর কয়ামরুমগী প্লান কয়া অমা হৌজিক ফাওবদা জয়পুরগী মিউজিয়মদা মাংহন্দনা থম্লি। জয়পুর সহর অসি অসুক্কীমতিক নিংথিজনা অমদি শিংনা প্লান তৌরমই মদুনা হৌজিক ফাওবদা টাউন প্লানিংগী ফীদম্নফম অমা ওইনা লৈরি।

জয়সিং মশামক চেন্নরবা ব্রায়েনশংগী ব্রাতান্নবা অমদি অতৎ-অখম লৈতনা শোকনরবা লালক্তা, মহাক্কী তেল্লবা পুন্সিগা চাংদম্নবদা, থোয়না য়াম্মল্লবা থবক থৌদোক কয়ামরুম অসি মহাক্না পাংথোক্লম্মী। জয়সিংহনা শিগদবা চহি মরি ব্রাৎলৈঙেদা নাদির সাহনা লান্দারকখি। রাজপুতনাগী মশীং লাংঙমদ্রবা জমিদারি সিষ্টেমগী মরক্তা বিজ্ঞানিক অমা ওইনা মহাক্না থবক কয়ামরুম পাংথোক্লম্বা, লৈবাক ইরাং হৌরবা মতম, লান অমদি য়ৈনশুনবনা থল্লবা ভারত ইতিহাসকী মতাংদা, খ্বাইদগী চম্মনরবা মতমদা, মহাক্না বিজ্ঞানগী থবক কয়া পাংথোক্লমই; হায়বসি অচুম্বনি। বিজ্ঞানগী লমদা কুপ্পা থিজিনবগী ইশুন অমা ভারত্তা লৈরমই; লোয়ননা হোৎনরিবদু মহৈ য়ালহন্নবা খুদোংচাবা লৈরমলবদি, মহৈ নিংথিনা য়ানবা য়ারম্বা কয়া অমা থবক ওইনা চথরমনি হায়বদু শেংনা উৎলি। খ্বাইনা য়ানরোইদবা অমদি ওইথোক লোয়দবা মতাংদা জয়সিংহ মতোমতা পংখন্দা খনবা মী নত্তে লোয়ননা ওইদবা অরানবা তৌবা মীশকসু মহাক নত্তে। মহাক্না তৌরম্বশিংগী মরক্তা কয়া অমদি রাজদুতগী থোংদা পর্তুগী তান্না থারম্মী; মদু তৌবদা সমাজগী চৎনবীনা অমদি লৈবাক্কী চৎনরোন কয়ানা মহাকপু থিংলমদে। পাংথোক্লবগী তাঞ্জাবু লৈরবদি, ইদুনা নত্রগা থবক ওইনা বিজ্ঞানগী থবক পাংথোক্লবা অফবা মচাক ভারত্তা মরাংকাইনা লৈরমই হায়বসি ওইবা য়াবা ব্রাফমনি। অদুগুম্বা তান চাবদু মতম কুইনা লৈরমদে। ওৎনৈবা অমদি লৈবাক ইরাং হৌনা নেমথরবা মতুংদা বিজ্ঞানগী থবকপু মতমদুদা লৈরম্বা লৈবাক্কী অঙম্বশিংনা পুক্লিং থৌগৎপীরমদে।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## তরাতরুকশুবা তাংকক

# ভারতকী অর্থনিতিগী য়ুম্ফম ইংলণ্ড অনি

বার্জনিতিগী চৈথেং-য়ৌনা অহোংবা অওনবানা চংথবক্রুবদা ভারতকী অর্থনিতিগী য়ুম্ফম কবি ওইবম্বগে ? ১৮ শুব খৃষ্টাব্দনা চংশিল্লক্রুবদা ডিঃ এষ্টে (eanstry) না ইবমই, "পোথোক্কী, খুৎশা হৈবগী অমদি লল্লোন ইতিক্কী মতাংদা ভারতনা লৌবম্বা ফীবেপ অদু, মতমদুদা পৃথিবী পুম্বদা চৎনরম্বা করিমতা শোখবমদে। ভারত য়াম্না চাওখৎলবা খুৎশা হৈবা লৈবাক অমা ওইবমই; ভাবত্তা শাবা-পোৎ কয়া ইউরোপ অমদি অতৈ লৈবাক কয়াদা থাবমই। লৈবাক শিনবা থুংনা বেঙ্ককী থবক মতিক চানা নিংথিজনা চৎলমই; শেঞ্জাও পায়বা ইমুংশিংদা, অমদি অচৌবা কাববাব ৱালাশিংগী মবক্তা, শেল চৎনবগী শিনা থুংনা য়ানবমই চৎনবমই; মদুদগী হেন্দোক্কুনা ইরান, কাবুল, হেবাৎ, টাসকেণ্ড অমসুং মধ্য এশিয়াগী মফম পুম্বদা চৎনবমই। লল্লোন ইতিক্লা চাওখৎলকপগা লোয়ননা এজেন্ট, ফৌমাইচাবা, শেনন্দোই চাবা অমদি ময়াই ওইবা কাংবুগী মীনা, শিনবা থুংনা চায়না লৈবমই। জহাজ শাবগী থবক য়াম্না চাওখৎলমই; নেপোলিয়ানগী লান-মতমদা ইংলিস এর্ডমিবেল (জহাজ মহৈগী মকোক ওইবা ফম্নাইব) তোংবা ফিরান থেৎপা জহাজগী মবক্তা অমখক, ভাবত্তা লৈবা ভাবতকী জহাজ শাবা কাবখানা অমনা শাখি। ইণ্ডষ্ট্রিয়েল বিভোলুসন (কলকারখানাগী লানহৌ) থোকত্রিঙৈ মমাংদা অতৈ লৈবাক্কুম্না খুৎশা হৈবদা, লল্লোন ইতিক্তা, শেষ্থুম-ফীবমদা ভাবতসু তশেংনা খুমাংচাওশিল্লমই। মতম শাংনা লৈবাক অসিগী শাসন মবা চেৎলমদ্রবা, লৈবাক ইংনা পাল্লমদ্রবা, চথোকচৎশন,লল্লোন ইতিক্কীদমক লক্ষ্মী থোং ফবমদ্রবদি অদুম্না খুমাং চাওশিন্না চাওখৎ খোংথাং থাংজিল্লমলোইদবনি।

ইউবোপ্তা য়াম্না পাম্না লৌনবম্বা ভাবতকী পোৎকী অফবা মগুণনা মপান লমগী লমকোযবা কাংবুনা মমাংঙৈদা ভাবত তম্না লাকনবম্বনি। ভাবত্তা ফংবা পোৎ পুদুনা ইউরোপ্তা লল্লোনবনা, ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনিগী ইহান হানবা মরুওইবা কাববাব ওইবমই; মদুদগী শেন্দোং য়াম্না ফংবনা মখোয়গী লল্লোন ইতিক অদু য়াম্না কান্নহনখি। পোৎচৈ শাবা অমসুং পুথোকপগী ভাবত্তা চৎনবম্বা নিযম অদু অৱাংবা থাক্তা অমদি মতিক চাবা মওংদা শিল্লোংলমই; ভারত্তা লৈরম্বা খুৎশা হৈবা, ফীশা লোনশাগা, কলাকাবশিং অসুক্কী মতিক হৈশিংলমই, মদুদি ইংলণ্ডদা লিংখৎলম্বা পোৎচৈ শাবা কল-কাবখানাদা চৎনবম্বা অৱাংবা থাক্কী নিয়মশিং, মখোযনা (ভারতকী খুৎশা হৈবশিংনা) মমাই পাক্লা লাম্বা তৌবা গুল্লমই। ইংলণ্ডদা অচৌবা মেচিন কল শীজিন্নবা হৌবগী যুগ-মতম লাকলবদা, ভারত্তা শাবা পোৎসু লেপ্তুনা চৎনরমই অদুম্নদি ওইবগা চাওনা চাওনা টেক্স লৌবকপনা অমবোমদা পুশিনবা খংথিং থিংবনা (খাইনা পান্নরবসু) পুশিনবা লেপহনবা তাখি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৫৭, পল্লাসি লানফমগী চহি অদুমক্তদা বেঙ্গলগী মুর্শিদাবাদ সহরসু ক্লবনা, ইংলণ্ড সহবগা চপমান্নবা, পাকচা ওববা, মী কুংনা য়াম্না তাবা, ইনাক কৈরাক খুনবনা থল্লবা, সহর অমনি হায়না শীংথারমই, মদুদা খেৎনবা হায়ববু মুর্শিদাবাদ লৈবা তোমগিন মীওই খরদি মপান লাকঙমদ্রবা সম্পতিগী মপু ওইরমই অদুগুম্না ইংলণ্ডদদি লৈরমদে। নোংপোক বেঙ্গলগী সহব চাকা, ফজবা অকুপ্পা মুগা (মশালিন) গীদমক মমিং চৎলমই। সহর অনি অসিমা, মশানা মমিং চৎচবনা, হিন্দুষ্টানগী ভাবতকী মিংচৎপু পাক্লা শন্না শন্দোকলক্ষ্মী। চাওব-চাওরবা সহব, পোৎচৈ শাবা লল্লোন ইতিক্কী ময়াই থোকপা

মফম কয়া অমা, পাকচাওববা লৈবাক অসিদা, মফম শিনবা থুংনা লৈবমই, য়াম্না থুনা হৈ-শিংনা পুথোক্লবা, পাও ফাওহনবা পাম্বে, কৈথেনগী ভাও খংনবা উপায় কয়া অমসু লৈবমই। চাওববা লল্লোন ইতিক তৌবা মীয়ামশিংদা খুদক খুদক্তা পাও ফংলমই; ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানিগী অচৌবা অফিসাবশিংনা পাও ফংম্লিঁডে মমাংদা হৌজিক হৌজিক শোক্লাবিবা লানগী পাও ফাওবা, হায়বিবা য়ুমশিং অদুদা ফংলমই। ইষ্ট্রিয়েল বিভোলুসনগী মাংচৎ থানা অৱাংবা থাক্তা ভাবতকী শেম্ফুমগী ফীবম খুমাং চাওশিন্না চংশিনখি। মখা তানা ওইবক্কদবা চাওখৎপগী মক হুনগ্লব্রা নত্রগা চেৎশিল্লবা সমাজগী লেংদ্রবা উফমদগী অকনবা চৈথেংনা কোম্না থকতোকলকপ্রা-হায়বদা লুনা থোকই। অদুম ওইনমক সাধাবণ খোংচৎ মতুংইন্না অহোংবা নাইদুনা অমদি মশাগী ওইবা নিয়ম মখাদা মশামক অনৌবা খুৎশা হৈবগী ফীবম তাহনজবনি হাযবসু ওইবা যাই। অদুম্মকসু, অহোংবা পুবকপা যানা মশানা মপুং মবৈ ফাজববসু মশামক্কী পবিকব মনুংদা অহোংবনা বিভোলুসন (হৌহনবা) দবকাব ওইবমই। (বিভোলুসনা অহোংবদু থোকহল্লি)। অহোংবা অসিমক থোকহন্নবা প্রকৃতিগী এজেন্ট কযাম দবকাব ওইহল্লম্না য়াই। খুৎশা হৈবগী মমাংদ ওইবম্না অবস্থা ফনা নিংথিনা শেমগৎলন্নবা অমসুং চাওখৎলন্নবসু খুৎশা হৈবগী শু-নোম্ফম্না থন্না লৈববা লৈবাকশিংগী পোৎথোক মতম শাংনা মপুংফাবা ওন্ল্লোই হায়বসি শেংলবনি। মশাবু মশানা খুৎ শা হৈহনবা তাবনি নত্রগা মমৈদা বাজনিতিবোমদা খুৎ থিংজিন্নকইবা মীবৈবাক্কী ওইবা শেন্দান্না হুৎচিন্নকইবা অদু থাবা তাবনি। হান্না থোকখিবগুম্না মীবৈবাক্কী বাজনিতিগী হান্না লাকশিল্লমই, মসিনা, হান্না লৈজবম্না ফীবম কায়দনা থম্বীবা নত্রগা শেমগৎ শাগৎপা য়াবা অতোপ্পা মওং অমা লৌখৎপীবা তৌহনবা ভাবতনা শেমগৎচবক্লবা অর্থিক অবস্থাবু থুনা থুগায়দুনা মাংহল্লমই। বৃটিশকী বাজনিতিগী শক্তি বৃটিশকী মতোন ওইবা শেম্ফুমগা মবি লৈনবা শক্তি অনিমক ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানিনা শুপলমই। মসিনা খাইদগী চাওবমই লোযননা লল্লোনবশিংগী কম্পানি অমা ওইবনা শেন তানবনা মসিগী অপাম্বা ওইবমই। অঙকপা ফংনা থুনা, থাজদবা মখৈ য়াম্না কম্পানি অসিনা শেন তানবা মতমদা, খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ ডি ওয়েল্থ ওফ নেসন্স (কৌবা লাইবিক্রা) দা অদাম স্মীডনা মসুম্না ইবমই, "লল্লোনবা মীগী কম্পানিনা মনিং তৌনা শেম্না গর্ভনমেন্টদি, ওইনিংবা লৈবাক্কী ওইবা গর্ভণমেন্ট পুম্নমক্কী মনুংদা খাইদগী ফত্তবনি।

ভাবত্তা লৈবা লল্লোনবা, পোৎচৈ শাবা কাংবুনা ইনাক কৈবাক খুল্লবসু, লৈবাক শিনবা থুংনা শন্দোক্লবস, শেম্ফুমগীফীবম নিংথিনা লাকশিল্লবসু মখোযগী বাজনিতিগী মপাঙ্গল লৈবমদে। সবকাবনা মনিংতমলমই; মনিং তন্না মীওইববু লাকথুদুনা মখা পোলহল্লমই। ভাবতকী ইতিহাসকী হৌগ্লবা মতাং কয়াদা ওইখিবা অদুদগী হেন্না প্রজাবু শুমহত্নুনা লোইপোৎ কাহল্লমই হাযবসি অচুম্বমকনি। মবমসিনা মপাঙ্গল কনবা মযাই ওইবা থাক্কী মী লৈবমদে অদুগা নোংচুপ লমদমশিংদা তৌবগুম্না সাশনগী শক্তি পায়বা জ্ঞানতানা খম্বা মীওইসু লৈবমদে। সধারণ ওইনা প্রজানা খম্বাবগী শকক বাৎলমই; মীনাই ওইবগী হাযবা ইনবা ৱাখলদা তাওবমই। মীয়াম হৌবনা অহোংবা অমা পুবক্লিঁডে মমাংদা ফুনজিন্দবা য়াদবা অহোবা কয়া'মা লৈবমই। হোংবা লৈতনা, লৌবিবা মওংদা নৌশিন্দুনা লৈবা ভাবত সমাজনা অহোবা অসি থোকহনখি। ওঙনা অহোংবা নাইবা পৃথিবীদা সমাজ অসিনা হোংদোক হোংজন তৌববু যানিংদবা অসিগুম্বা যানিংদবা অসিনা সভ্যতা পুবকনা চাওখৎ খোংথাংবু নৌথেকহল্লমই। অসুম্না শেমখিবা সমাজনা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক্তা খুৎ থাবা (পায়খৎপা) কবিমতা লৌখিদে। তৌফম থোকপা অহোংবা কয়া মাংদা তাদুনা লৈবকলি।

মতম অদুদা, ৱাজনিতিগী মাইকৈদা বৃটিশক্তি চংশিনফম থোকপদগী হেঞ্জিন্না খুমাং চাওশিনখ্রবনি। বাজনিতিগী লাঞ্জং কযা চংশিন্দুনা নিংথৌগী লৈবা শক্তিগী মথকতা পার্লিয়ামেন্ট মপাঙ্গল হাপচিনখ্রবনি। ময়াই ওইবা ফীবমদা লৈবা প্রজাশিংনা মখোযগী অনৌবা পাঙ্গলবু মুন্না খংলবদা অমুক হেয়া পাক চাওথোকহন্নবা মপুং ফাববা ইথিন অমা মখোয়গী পুক্লিংদা ফাওবক্লমই। খুমাং চাওশিল্লকইবা হৌগৎলকইবা সমাজগী মপাঙ্গল অমদি কান্নবা ওইজবা ফংলকইবসি ইংলণ্ডদি তশেংনমক তৌফম থোকপা অচুম্বা ওইখি। তোঙান তোঙানবা মওংদা মখোয়না মখোয়গী শক্তম উৎলমই লোয়ননা অনৌবা পুথোকপা অবিবা, থিঞ্জিনবনা খুৎশা হৈবগী মুকনবা (ইণ্ডষ্ট্রিয়েল বিভোলুসন) থোকহনখি।

অদুদি বৃটিশকী ৱায়েঞ্জে পায়রিবা ইমুং-মনুং শাগে-নাতৈ, মতমদুদা, করম তৌরম্বগে করম্বা ফীবমদা লৈরম্বগে ? মতৌ কবম্মা মাইপাক্লবা আমেরিকাগী লানহৌনা আমেবিকাগী লমদমদগী বৃটিশ নিংথৌ কাংবু তাম্বোকখিবগে হায়বদু অফাওবা আমেবিকাগী ইতিহাস ইবা চারল্স অমসুং মেরি বিয়ার্ডনা ঐখোয়দা হায়রমই: The rice of American Civilization (1928) Vol. I page 292 তা অসুম্না ইবমইঃ– The British Ruling class – a class accustomed to a barbarous criminal code, a narrow & intolerant university system, a government conceived as a huge aggregation of jobs & privileges, a contempt of men and women who toiled in fields and shops, a denial of education to the masses, an established religion forced alike on Dissenters and Catholics, a domination of squirmed in countries and village, eculous brutality in army and navy, a scheme of primogeniture buttressing the rule of the landed gentry, a swarm of hungry placement offering sycophancy to the king in exchange for offices, sinecures and pensions and a constitution of church & state so ordered as to faster upon the masses their immense pile of pride and plunder. From the weight of this mountain the American Revelationists delivered the denial subject from the British croon. Wither a decade or two after the emancipation they accomplished reforms in law & policy which required 100 years or more the persistent agitation to effect in the mother country – reforms which gave to the statement who led in the Agitation their title to immorality in English history." বৃটিশ নিংথৌ শাগৈদি–তমথীববা ক্রিমিনেল কোড, পুকচেনপীকপা নিয়ম য়াওদবা, খাংঙমদবা ইউনিভবসিটিগী নিয়ম হৈনবা কাংবুনি খুদোংচাবা লৌবা থবক তৌবা মশীং লাকঙমদবা ফমনাইবনা সরকাব নোম্বা হৈনবা কাংবুনি, দুকান অমদি লবুক্ত থবক শু-নোমজবা নিপা নিপীশিংনা তুক্কচববা কাংবুনি, মীযাম্বু লাইবিক তমহননিংদবা কাংবুনি, কেথোলিক অমদি য়ানিংদবা কাংবুদা খুঙ্গংদা অমদি সহবদা লৈবা মীচম অমদি জমিদাবগী লমদা লমদুনা ধর্ম্ম চংহননিংবা কাংবুনি, কাংফাল্লাগ্নী ঈশিং লাগ্নীগী মফমদা থম্মোই কনবা শা-ঙাগী মিৎযেংনা যেংবা কাংবুনি, লম লৈবা (শেঞ্জাও পায়বা) কাংবুগীদমক শেম্না আইনবু শেমগৎপা মপামপু চাবোন শুবোন নায়না চথবা কাংবুনি, অফিসকী থবক তৌবগী মহত্ত, থবক শুদনা তলব লৌনবা, পেন্সিন লৌনবা নিংথৌদা চিবোন তৌবতনা মথৌ ওইববা চবাম চদৎনবা মীয়াম শঙ্গুনা কোয়শিন্দুনা লৈবা কাংবুনি, খুবাক ময়াইদা শগুণ তৌদুনা চাওথোকনা কোনবা থুংদবা কাংবুবু ফাজিন্নবা হুকুমনা নিয়ম্না থল্লবা চার্চ্চ অমসুং ষ্টেটকী সংবিধান চৎনবা কাংবুনি। চীঞ্জাওমুক লুমলবা অৱাবনা থোকহনবা আমেবিকাগী লানহৌবনা লম অদুদা (আমেরিকাদা) লৈবা বৃটিশ কাউনগী ওইবা মীয়াম্বু তাম্বোকখি। অসুম্না অৱাবদগী নাম্বোক্লবা মতুং চহি ১/২০ গী মনুংদা আইন অমদি পোলিসি শেমদোকপা য়াবমখৈ মখোয়না শেমদোকপা লোইখি; মমা লৈবাক্কী কায়নবা য়ানিংদবগী অন্দোলন চহি ১০০ অমদি ২০০ দগী হেন্না শাংনা চথরবা মতুংদা ফীবম অসি তাখিবনি; অন্দোলান অদুদা লুচিংখিবা মচিনচৎপা মীওইশিংদা অসুম্না শেমদোকখিবা বিফোর্মনা ইংলিসকী ইতিহাসতা অমব ওইগদবা মিংথোন পীখি।

মনিংমখা তম্বগী ইতিহাসতা তোমথিন ওইববা, আমেরিকা মনিং তমলে, হায়না লাওথোকখিবদু খৃঃ ১৭৭৬ তা সহি তৌখি। চহি ৬ কী (তকক্কী) মতুংদা কোলোনিশিং অসি ইংলণ্ডদগী তোখায় তাখি, মখোয়গী ওইবা অচুম্বা জ্ঞান অর্থনিতি অমদি সমাজগী অহোংবা পুরকখি। বৃটিশকী নিংবা ইংলণ্ডগী নমুনাদা শেমখিবা লেগু সিষ্টেম মপুংফানা হোংদোকখি। খুদোংচাবা লৌবম্বা পুম্বা মুথৎখি, অসুম্না মৎখিবা পাকচাওরবা লম অমুক লৌশিন্দুনা মচা মচা থোকনা থুগায়দুনা য়েম্বোকখি। মিকপ থোক্লকপা জ্ঞান তাবকপা অমসুং লম্বুমগী তানশিনবগী নুংঙাইরবা মতম লাক্লমই। মীনাই নাইথাং ওইগী খুদম কোলবা মীরৈবাকমচানা খুৎচল্লম্বদগী নাম্বোক্লবা মনিংমখা তম্লবা আমেরিকানা লাউনা থাংনা খোংথাং হুম্না মাংলোমদা চংশিল্লকলে।

ফ্রান্স হৌরকপা অচৌবা লানহৌনা মমাংঙৈগী ওইবা লিরবা হুকুমগী খুদম বাষ্টিল্লি (শরু খন্না ফুবা খুয়াদা ফুবা হুকুম) থুগায়দুনা নিংথৌ অমদি ওৎনৈবা কোকহন্দুনা মীওইবা অমগী ফংফম থোকপা খুদোংচাবা পুম্বা পৃথিবী শিনবা থুংনা লাওথোক্লমই।

অদুগা মতমদুদা ইংলণ্ডনা করম তৌবা ? আমেরিকা অমসুং ফ্রান্সতা হৌবকপা লানহৌনা পুবকপা, অহোংবনা কীতনখিবনা ইংলণ্ডনা থোযনা হেন্না অহোংববু মায়োক্লখি, মহাক্কী তমথীববা নুংশিহৈত্রবা দণ্ডি পীবগী আইন (পেনাল কোড) হান্নদগী হেন্না তমথীবা হেনগৎখি। ১৭৬০ দা জর্জ্জ দি থার্ডনা ইংলণ্ডগী সিংহাসন কাবা মতমদা মবান শিবা আইন ১৬০ গী দণ্ডি মখাদা নিপা, অমসুং অঙাং কযামকুম হাৎখি। ১৮২০ দা মতম শাংনা পাল্লম্না মহাক্কী মতম লোয়বকপদা হাৎপগী দণ্ডি পীবা অনৌবা আইন (১০০) চামবোম শিবনা লিপ্পা যাওবি। তাবদা তু চুংলবা মিনুংশি য়াওদ্রবা, শা ওাদা ৎেকদবা শাজৎকা লোযননা বৃটিশ পর্লামেন্টগী চুন্নগী লাম্বীবু লবুক্কী শাদগী হেন্না তমথীনা তৌরীবমই। হাৎপগী দণ্ডিনা চৎনবী ওইবমই, হেন্না চৎনবন্নানা লিচৈৗ ফুদুনা মীযাম মনাংদা অৱাবা পীবনি, চৈশিং ককতনা চাম তাম্না খুজিং ওইনা শিদ্রবা শাওবা যবমই, ফৰিউদা যামফক তাদুনা, ফুবা তোকপদগী হিংলকপনা শিবমদাই মতম লাক্লবতুদা(লাক্লবা মতম ফাওনতুংদা) বা খাংবা ওন্নমই।

অসিগুম্না মতা দত্ত হাযবিবা মাগুন পুদি অর্মদ সমাজ সম্মান। তৌবা অর্মদি মীওইবগী মীন্ শ ঈৎপা অসিগুম্না মইৎ মশাংদনা নবম ওইদুনা ভাবতনা াওখৎ খাংথাং হেন্না থার্গজিল্লমই অমসুং হেন্না ৱাংবা সভ্যতা ফংলমই। মীবোন মাথাং কযা যৈনা চেকশিন্না লাইবিক তম্নৱক্কবসু মতমদদা ইংলণ্ড অমদি ইউবোপ্কী মফম অতৈদগী যাম্না হেন্না লাইবক তস্নগী মশী যাম্নগী ভাবত্তনা হেল্লমই। সমাজগী মনুংদা নুংশিনাবা নুংগুইমিন্নবসু হেল্লমই। ভাবত্তা লৈবা মতমদুদা চৎনবন্না সমাজগী ফীবমগী চাংদম্নবদা ইউবোপ্তা লৈবন্না মীশিংগী সধ্যবণ ফীবম্না যাম্না ফৎলমদে, শোকলমই অমসুং অৱাবা ওইবমই। অদুগী নখত্তা খেৎননা কযা অমসু লৈবমই অনৌ অনৌবা শক্তি, প্রজাগী বাখল পুক্লিংনা থুপ্পা ইবোম্নংতনা চেনবনা নোংচুপ ইউবোপতা মবোন মবোন নাযনা অহোংবা থোক্লমই, তৌইগুম্নসং ভাবত্তদি ফীবম পুম্না (অণ্ডম্না অর্মদি প্রজাগী শক্তি পাঙ্গল পুক্লিংগী ফীবম পুম্না) যাম্না হেন্না কনাশিন্না চেকশিন্না লৈবমই।

ইংলণ্ড কাংবুনা ভাবত্তা লাকাখ। ১৬০০ তা মহাবাজগী এলিজাবেটনা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পেনিদা সবকাবগী ওইবা যাথং পীবা মতমদা সেক্সপীযাব হিংলমই লাইবিক ইবমই। ১৬১১ দা ইংলণ্ড সবকাবনা য়াবা বাইবলগী ইংলিস চেন্দোং ফংখি, ১৬০৮ দা মিল্টন পোকখি। হেম্পডেন, ক্রোমওয়েল অমসুং বাজনিতি লানহৌনা মখা শমথখি। ১৬৬০ দা বিজ্ঞানগী খো থাংদা খুমাং চাওশিলহনখিবা ইংলণ্ডগী রোয়েল সোসাইটি লিংখৎখি। চহি ১০০ গী তুংদা ১৭৬০ দা ফীশা কোনগী পাঙনদেম পুথোকখি, মতুং পাংকুই কুইদনা জেনিনা ফীশা কোন পুথোকখি, ষ্টিম ইঞ্জিন অমদি পৱাবলুম (ইলোক্ত্রুকী পীশা কোন) থোবকখি।

ইংলণ্ড অনিসিগী মবওাগী কবম্না ভাবত্তা লাক্লম্নগে ? সেক্সপীয়াব অমসুং মিল্টনগী মতমগী (ইংলণ্ড), বাঙাং বাঙ ফজবা, লাইবিক লাইশু ইবা, থৌনাফবা থবক তৌবা মতগী (ইংলণ্ড) বার্জানতি লানহৌ নিংখা তম্না ফংনবগী অন্দোলান, বিজ্ঞান অমসুং খুৎশা হৈবনা খুমাং াওশিলকপা মতমগী ইংলণ্ড নত্রগা তমথীববা চাওখৎতবা আইন চৎনহনবা, শা ঙাগী লমচৎ চৎপা, নখা তাববা মীবু শুমহৎপা অমদি সবকাব মুক্লবা মতমগী ইংলণ্ড ? জাত্তগী লমচৎ শাজৎ অমদি াওখৎপা মখল অনিগী শক্তম লৈবাক খুাদংদা লৈবগুম্না ইংলণ্ডসু শক্তম অনি থোক্লা লৈবমই। ডি মেকিং ওফ ইণ্ডিযান প্রিন্সেস (১৯৪৩) লমাই ২৬৪ দা এডৱাড থোমসন্না ইবমই, " (ঐখোযগী চাওখৎ লম্বীদা) ঐখোয়গী চাওখৎপগী চুম্নগী থাক অমদি খাইদগী হেন্না ৱাংবা থাক্কী মবক্তা ইংলণ্ডদা লৈবম্না ফবক অসি মতম পুম্নদা ওম্হোক্লা চাওনা লৈবমই, ঐখোয়না চাংদমনিংবা কবিগুম্না লৈবম্না মসিগা মান্নবা লৈবমগদ্রা হায়বা ঐহাক চিংনৈ, অনিগী মবক্তা লৈবা ফাক অসি অসুপকী মতিক তথ্যা চাং হাথবকই মদুদি চাং শুপ্তা তাথবক্তবগুম উবম্মী।

(হাযবিবা মখল অনিগী) ইংলণ্ড অনিনা অমগা অমগা শয়েং পাম্নোম ঙান্ননা হিতান্নবগুম লৈম্নিয়বমই, তোঙান তোখাইনহনবা ঙন্নমদে, অমনা অমবু কাওথোক্লা অনিগী অমতনা ভাবত্তা লাকপা ঙন্নমদে। অদুম্নদি ওইবগা অচৌবা থৌদাং পাংথোকপদা অমনা অমবু নমথদুনা মকোকথোংনা লমযানলমই, অবানবা চৎপা ইংলণ্ডদা ভাবত তাম্না লময়ালকতুনা ভাবতকা মবী লৈনবমই অবানবা লম্বীদা চখবদা অবানবা ভাবতপু হৌজিল্লমই।

ভারতকী নিংতম্বা মাংখিবগা ইউনাইটেত ষ্টেটস ওফ আমেরিকানা খরদা ওইনা নত্রগা মপুংফানা মনিংমখা তমখিবগা মতম অমতদা থোকখি। হৌগ্রবা চহি চামগা মখায় হায়গত্তুনা য়েংবদা, মতমসিদা ইউনাইটেট ষ্টেট ওফ আমেরিকানা চথরকইবা চাওখৎ খোংথাং মথবাই নুংঙাইতনা পুক্লিংদা মিহৌবা পোক্লা য়েংলি লোয়ননা মরৈবাক্তা থোকখিবা অমদি তৌখিদবা অদুম্মসু চাংদম্নখি। আমেরিকাদা লৈবা মীশিংগী মগুণ কয়া লৈরমই অদুগা ঐখোয়গীনা অশোয়বা কয়া লৈরমই হায়বসি চিংনবা লৈতনা চুমলবনি; ইংলিসগীদমক শেংনা শেংদোক্লবা প্লেট অমগুম আমেরিকা-মীশিংগীদি শিজিন্নদ্রিবা শেংলবা লবুক লৈজরমই অদুগা ঐখোয়গীনা থায়নগী বাখল, খল্লবা চৎনবীনা চম্মোৎনহল্লই। অদুম ওইনমক মসিমসু খন্থবা য়াই মদুদি লুমলবা পোৎচাও অসি ভারতকী কোকথক্তা বৃটেন্না থোনগৎলমদ্রবদি, মহাক্লা মহায়বগুম্না, ঐখোয়না করিমতা খংদ্রবা ইশানা ইঁরৈবাক ঙাকচবগী লুরবা (বারবা) মহৈ ঐখোয়দা তমবীনবা অশুক কুইনা খাংলমদ্রবদি ভারতনা মনিং মখা তম্বা অমদি হেন্না চাওখৎপসি ফংলমদবা নত্তনা বিজ্ঞান্দা, অতৈ কলাদা হিংবদা মতিক চারবা পুন্সি শেমজবদা থোয়না হেন্না খুমাং চাওশিনবা ঙম্লমলোইদবনি।

# তরেৎশুবা পন্দুপ

## অহানবা তাংকক

# সম্রাজগী রাখলগী ফীরেপ অনৌবা সমাজ

ভারত ইতিহাসপু ঐখোয়না ইবিবা মই অসি ঐখোযনা ইম্রিবশিং অদুদগী যাম্না হেন্না যানিংঙক্তে হায়না ভারত মশক মুন্না থংলবা ভারত-ইতিহাসপু "াববা সাহেব (ইংলিস মীওই) অমনা ইবমই। ভারতত্তা লৈরিবা বৃটিশ কলগী অইবা বেকোর্ড অসি ভারত মচাশিংনা অসুক্কী মতিক নুংঙাইতনা যানিংদে হায়বাস হায়দোকপদা লুই, ইবিবা মশাং অদুসু য়ামই শা ই লোয়ননা খেৎনৈ। ভারত ইতিহাসতা বৃটিশকী মতাংদা মকওইনা য়ে না হায়ববদা বৃটিশনা পানবা মতমগী মতাংদা ইবিবাস শাওনি নগ লোয়ননা যানিংদে হায়বাস চুমইবনি। লানগুম্বশিং লৈবাক জয়তৌবশিংনা মখোয়গী অপামবতা ফোংদোক্নুনা ইতিহাসপু মতমপুম্বদা ই নত্রগা থোকপা অমা তৌদুনা লানগুমইবশিংগী অপাম্বতবু মকওইবা ওইনা ফোংদোকই, মখোয়তনা অতোংবা লেপ্পা ওইনা ইবি। অওইবমক ওইনা, ভারতত্তা লেপ্পা ওইনা ইবি। অওইবমক ওইনা ইরি। অওইবমক ওইনা ভারতত্তা লৈবা আর্যশিংনা মখোযগী রাবা, চৎনবাগী মতাংদা মমাংঙৈদা থনম্বা বেকোর্ড পূম্নমক আয্যাশিংতবু থাঙজুনা ইবা মখোযনা খুং চনশিনা লৈবাক অসিগী মাবুনা থীনা, ফজদনা ইবা ঐখোযনা থেংনৈ। মতাক্কী জাত্তিগী রাখল শক্তম লোয়ননা চৎনাবাগা ভুমখৈ ইদুনা কনাগুম্বনা পন্থীবমইবা অসিবু যানিংদবা উতুনা কনানা মবনাই ওইনা নাম্বোকপা ভুমগদৌবিবনো, লোয়নন জাত্তি মশেন লৈবাক মশেন অমগা অমগা খণ্ডনবকলবা মতমদা মীচং মীথায় নায়না চংশিনবকপা খোংথাংবু মশা মশাগী ওইবা মীশিংবু লান্না শেব্যান্না লমজিংবনি হায়না লৌনাব। অসুন্না খণ্ডনবগী য়ৌশিল্লবা খুদম ওইববা লাঞ্জাওনা যেক্লবা জাতিগী মবী লৈনবা মীচং মীথায় নায়বা অমদি নিংথি নুংঙাইবা পূম্নমকপু রাখল কুপ্পা খন্না মাংহল্লি। রাখল ফংচিল্লক্তে, লোয়ননা অ নত্তনা চংশিনবা য়াবা লম্বীশিংদা অসুম নকশিল্লকই। মতমদুগী খ্বাইদগী কনবা শক্তিগী মশামক্লা তৌরিবা থবকপু মবান শিদুনা অবানবনি হায়না উৎপনি। লুব্বা গুহাগী মনিংদা ফজবা ফমজিনবগুম মফম খবদা অচুম্বনা লোত্তুনা লৌব অদুগা অবানবা, কুযোম য়াওদ্রবা, ইকাইবা খংদ্রবা শাসন্না খ্বাইদগী ফবা অকনবা ওইবি।

নিয়ম চুন্না শোক্লফম থোকপা লান শোক্লদ্রবা মতমদা ফাওবা, মান্নদবা অপাম্বা মত অমদি যেংথনবা লৈবাকশ গী মবক্তা তত্তনা, মকওইবা লান অমদি খৎননৈবা থোর্কলি। খৎনগনবা অমদি লেপ্তনা খৎনদুনা লাকইবা, মীবৈবাক্লা খুংচনশ লৈবাক্তা লৈবাক অদুগী প্রজাগী রাখল অমসুং তৌজবিবা থবকপু ফত্তবা ওলহল্লি, অকায়বা থোকহল্লি। লানগী রাখল কৈদৌনুংদা খলহন্দবা তৌদে। মমাংঙৈ মতমদা লান অমসুং লানগী মখাতাবা ফল, নুংশিহৈতবা, মীখুৎচনবা, জাত্তি অমবু মীনাই ওইহনবা অসিনচিংববু মশানা থৌদোক থোকইবদুগা থানবা রাদনা চেয়ববনি হায়না লৌনবা মতমদা, থোকইবা পুম্ববু কুপশিন্নবা অতৈ অতোপ্পা রাখল অমা তৌদুনা চুমই লাল্লি হায়না তোপ তোপ্পা কান্নবা অমতা লৈনবমই। চাওখৎলকপগা লোয়ননা অচুম-অবান থীবগী দবকাবসু হেনগৎলকই; মসিনা অচুম্ববু অবানবা শিবা হৌবকই, কবিগুম্বদসু কুপ্পা খন্নবা য়াওবমই, অদুবু মতম অয়াম্বদা অ্যান মাংহল্লি। অসুন্না অচুম্বা ধর্ম্মগী শক্তা ভাবনা শাবগী শকক চংশিল্লকই লোয়ননা অবানবা, মবাই চাইথবক্লবা ধর্ম্মগী শকক্লা ফত্তবা থবক কয়াবু শৌগৎলকই।

করিগুম্না লৈবাক অমদা মরুওইনা মশাগী য়ানশিন্নবা মখলগী ইতিহাস য়েৎশিন্নবা চৎনবী কয়া লৈবা ভারত কুম্না অচৌবা লৈবাক্তা তোপ তোপ্না অইবা প্রবন্দ অমবু চুমই হায়না প্রমান চপচানা তৌবা য়াবা অচুম্বা মরম অমদি অচুম্বা মরী লৈবসি মতমপুম্বদা ওইবা য়াই, মতুংদা মসিনা নৌনা য়েৎনবগী য়ানরবা মচাক মশানা ওইরকই। মায়বা অমদি চৎনবীগী অরেপ্পা লৈন লৈন আমেরিকা অসি মোৎ খেৎনবা কয়াগী লৈবাক্কী হায়না হায়নে। অদুনদি ভারত অসি কয়াদা মপুং ফানা খেৎনবা অমগা অমগা মান্নদবা কয়া লৈবা তাবগে। অতৈ মফমশিংদা তৌবগুম্না মফমসিদসু ঐখোয়না করি থিরিবগে হায়বদু ঐখোয়না ফংগনি; অসুম্না হান্না খল্লবা মরম্না য়ুম্ফম ওইদুনা ঐখোয়না থাজবা অমদি ঐখোয়গী মোতকী ফীবম শাগৎপা ঙমগনি। অদুনদি অদুগুম্না শাগৎলকইবা ফীবম অদুগী চুমদবা য়ুম্ফম লৈগনি, লোয়ননা অচুম্বা অদুগী অরানবা শক্তম উৎকনি।

হৌজিক ওইরিবা ভারত ইতিহাস হায়বদি বৃটিশনা পানবা মতমগী ইতিহাস, হৌজিক হৌজিক থোকইবা থৌদোকশিংগা অসুক্কী মতিক নকশিন্নবা মরী লৈনফম থোকই; মদুদি ঙসি খন্নরিবা অমদি হায়না চুম্লে হায়না চুশিনপ্রবা রাখলনা, মসিবু, ঐখোয়না শন্দোক্লা হায়বদা নত্রগা অর্থ হন্দোকপদা কয়া তেংবাংই। সাহেবশিং ১সুং ভারত মচাশিংনা পুনরিবা অরানবা অমুক ওন্নতৈনবা মাইকৈদা ফরক চৎনখ্রবসু সাহেবশিং অমদি ভারত-মচাশিং অনিমক চপ মায়না লাম্মীয়রবনি। ইতিহাসকী মওং লাকশিল্লিবা অমদি ইতিহাস ইরিবা মচাক হায়বদি অইবা চেজেৎশিং অমদি রেকোর্ডশিংনা অসুক্কী মতিক পাক চাউইবমখৈ বৃটিশনা পীবা মচাক্তগী লৌবা ঙাক্লি লোয়ননা মখোয়না হায়নিংবা, মখোয়গী রাখলগী শক্তম, শোয়দনা মমি তারবা ঙাক্লি। মাইথীবা ফংবা অমদি অৱাবা নংবা ফীবম অদুমক চপচানা ইশিনহন্দে মসিমক ভারতকী মত্তাংদা ইবা রারিদা থিংলমই; ১৮৫৭ কী অচৌবা লানহৌবগী মতমদা থোকখিবা অমাং অতা পুম্না শুনা শেংনা রেকোর্ডনা ইশিন্দুনা থমহৌবা নত্তে। শেংনা ইহৌবা চেরোন করিগুম্না লৈহৌবা থোক্লবদি মদু ইমুং অদুগী অরিবা শরুক লিদুনা থমইবা অদুদা য়াওহন্দনা লোত্তুনা থমহল্লি; তুংদা থোরক্কদবা ফলবু কীবদগী মসিগুম্বসি ফোংহন্দে। মখোয়বু চায়থাইদুনা মাংহল্লি করিমতা খংহন্দে, খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদসু লৈশৌনা অমদি লৈবাকসিদা মরাংকাইনা পীকথন্না লৈবা অতৈ তীল কয়া'মা চিকথত্তুনা মাংহনখি মমৈথংদা অসিগুম্না চেশিং অসি থিজিন-হুমজিনলবদগী ফংলকপা মতমদা, ফংইবা চেরোনশিং অদুনা ইতিহাসকী থৌদোক কয়াদা অচুম্বা অশেংবা মঙান নৌহৌননা পীরি। বৃটিশনা ইরম্না ইণ্ডিয়াগী ইতিহাস ফাওবা শরমখৈ শেমদোকপা তাবনি লোয়ননা বৃটিশকী রাখলগা খেৎনরবা (তোয়না মতাং কয়াদা খেন্নরবা) ভারতকী ওইবা রাখল অদুগী অচুম্বা মওং তারগদবনি। রাখল অদুগী ফীজং মরুমদা চৎনবী অমদি নিংশিংনরকপা কোংগায় অমা মরম থুপ্পা লৈরি; নিংশিংনরকইবসি হৌখ্রবা লাপখ্রবা থায়নগী ওইখ্রবা নত্তে, ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা হিংলিঙৈদা মশামক্লা উখ্রবা অমদি তত্তনা থৌদোক অদুদা য়াওদুনা লাংখ্রবা ঙাক্লি। চৎনবী (অমদি নিংশিংনরকইবা অসি) ইতিহাসমক ওইনদি কায়বা অমতা ওইদবা য়াই অদুম্নদি ওইরগা ঙসি ভারত মচাশিংগী রাখলগী হৌরকফম ওইরিবা য়ুম্ফমবু মসিনা ঐখোয়না ভাব তানা খংহল্লি। ভারত্তা লৈবা বৃটিশ দাকুনা ভারত মচাশিংগী মফমদা তত্তনা থোইনা ফবা মীওই ওইরি, অদুগা বৃটিশ সরকারনা ইকাইখুম্নবা উৎপদা, মনা মথুম পীবদা হরাওবা ফোংদোকইবা মীওইশিং পুম্না, ভারত্তা লৈবা প্রজা পুম্নগী মমিত্তা মতম পুম্বদা লায়া লমজিংবা মীওই অমদি মজাত্তিবু মাংনবা শীনবা মীওই তত্তনা উরি। ফত্তবা মরী অসি মখোয়গী মচা-মশুশিংগী লু-তোংদুদা হোংবা ঙমদনা পকলি।

আমেরিকা লানহৌগী ইতিহাসপু সাহেবশিং (ইংলিশ-মীশিং) অমদি আমেরিকা মীশিংনা শেরান্না লান্না ইরমলে, ঙসি ফাওবদা, থায়ন নিংনরম্না রাখল কাওনখ্রবদা, লৈবাক অনিগী প্রজাশিংনা অমগা অমগা মরুপ ওইখ্রবা ফাওবদা, অমগী রাবু অমনা য়ানদ্রি ককথৎনরি। ঐখোয়গী মতমদা লেনিন হিংচাবা অমা ওইরমই, মমিং চৎলবা ইংলিস স্টেটমেনশিংগী মফমদা হরানবা লুটতৌবা মী ওইনা লৌরমই; অদুগী মী কোটি কয়ানা মহাকপু অৱাবা খুদোংথীবদগী কনবীবা মী অমা ওইনা লৌনখ্রে, মতমগী খাইদগী চাওবা মী অমা ওইনা নিংনখ্রে। ভারত মচাশিংনা মখোয়গী স্কুলশিংদা অমদি কলেজশিংদা নমদুনা তমহনবা মতমদা ভারতমচাশিংনা য়ানিংদবা উৎপা মুৎশি মুৎশিরবা রাখলবু চাংদম্লনা ঐখোয়দা উৎলি; হীরম খুদিংদা হৌখ্রবা ভারত শক্তমবু থীহন্নবা ওইহনবা হায়জিনবা অসিগুম্না ইতিহাসনা, নিংশিংনিংঙাই ওই হায়না ভারতমচাশিংনা রাংনা খঞ্জর্বা অদুগুম্না ভারতকী মীওইশিংগী মিৎচৎ থিনবা মাংতাক্লবা অরানবা প্রচার তৌই, অদুগা ভারত্তা চৎনরম্না বৃটিশকী আইন মতুং ইন্না পাংথোক্লম্না থৌদোকশিংবু সম্মানগা লোয়ননা রাংনা থাঙ্গত্তুনা ইরি।

ভারত অমনা চংশিল্লকপা বৃটিশকী খোংচৎপু বিধাতনা শিজিল্লকইবা অদুগুম্বা খনফম থোক্লবা বিধাতাগী থৌশিনবু য়াম্না ফজবা মওংদা থোৎনা মেংবা ওন্নৈতেনবা অর্থ ফোংদোক্লনা গোপাল কৃষ্ণ গোখালেনা অমুক হন্থি। ইবমইবদু, অতৈগী রাখলগা লাম্না ফংদ্রবা মহাকী মবৌশিং-জ্ঞান্নবা নত্রগা ইতিহাসকী ওইবা লাইনা তম্বা খোংচৎনবা নত্রগা লায়বক্লবা ? বৃটিশনা ভারত্তা লাকপনা তোঙান তোঙানবা লমজেন অনিবু অমতা ওইনা পুন্না চেলহল্লি; তৌইগুম্বসুং পুন্না চেল্লিবা অসি চেনর্মিয়ে হায়বদুমগাই অমগা অমগা নকশিন্নদবগুমই কবিগুম্বা নর্কশিন্নবা তাববসু মপানথোক্লা উত্তে। ইংরেজি সাহিত্য অমদি ইংরেজি রাজনিতিগী রাখলনা তমইবা মী অদুবু বিষয়শিং অসিগী কুয়োমগী পীকখ্রবা পাম্রবা কুবাংবানতবু (কুবাংবান্দগী হেঞ্জিন্না হৈতনবা) খংহন্নবা কন্না লাকনৈ। রাজনিতি বিষয়শিংসিগী মবী লৈনবা শকক্লা মপাঙ্গল কয়াম লৈবরসু মতমদুগী ভারত্তদি বিষয়সিগী অচুম্বা অরেপ্পা কবিমতা লৈবমদে। ভারত্তা লাকখিবা বৃটিশশিংদি রাজনিতি নত্রগা সমাজগী ইহৌ লাঞ্জং যাওকবা কনা য়াওখিদে। মখোয়দি সমাজ ইহৌগী মায়োক্তা লৈবা ইংলণ্ডদা লৈবা সমাজ কাংলুপকী মীশক ওাক্লি। ইউরোপ্তা লৈবা ইহৌ কযাগী মায়োক্তা লৈবা লৈবাকশিংগী মনুংদা ইংলণ্ডসু অমনি।

নোংচুপকী কলচব ইহৌনা ভারত্তা খোংদাবকপদি, লেংদনা মহৌশাদগী লৈজবক্লবা সমাজসু, হোংবা নায়না চেনশিল্লকপা হৌজিকমক্কী ওইবা জ্ঞানগী ইহৌনা ইর্নশিন্দুনা — মতম কয়াগী মমাংদগী লৈবক্লবা থায়নগী ওইনা পনখৈ লানথোকপা ঙমদবা লৈবনা, মশাগী ওইবা খোংচত্তা ফল য়াম্না হৌজিক কানগী ওইহল্লবসু, খুমাং চাওশিল্লবসু, চংশিল্লকপদি, চাওখৎলকপদি শুকঙম ঙমদ্রবা, মযাই ওইবা যুগকী রাখল লিচৎকা তিন্নহনবনি। অদুম্নদি ওইবগা, থোয়না হেন্না ঙকপদি, ইতিহাস অসিগী খোংজেনগী এজেন্টশিং অসি, ভারত্তা শন্দোক্লবিবা হীবম অসিমক মপুংফানা জ্ঞান তানা খংদলতা নত্তনা কাংবু অমা ওইনা অসিগুম্বা লিচিং অসিগীদমক শিংদুনা মহুৎশিনবা ওইবসু নত্রি। অসিগুম্বা ইতিহাসকী ওইবা কল্লবা ইহৌগী মায়োক্তা ইংলণ্ডনা কাংবু অসিনা মায়োক্লনা লাম্থেংনবম্মী, অদুন্নদি ওইবগা মখোয়না মায়োক্লবিবা ইহৌ অসিদি অসুক্কী মতিক কল্লি, মমাই লৈহননা ঙম্লমদে। চাওবাক্লা মবী মখোং লকবগা, মখোয়না মীহুৎ ওইবিবা অহোংবা অমদি চাওখৎ ইহৌগী মায়োক্তা লগাম নিংথিনা শীর্জিন্নবদা মমাই পাকখির্বান ভারত্তা (মখোয়গী লম্বা লৈতবা) অহানবা, মখোয়না মনিংতৌবা যাবা, লম থেংনখিবননি। সমাজগী ওইবা, খুনুংগী, ভারত্তা লৈবা মীওই কাংবুবু মখোয়না পুক্লিং থৌগৎপী, ফীবম কন্না চেংনা লৈহন্নবা হোৎনবী অদুগা রাজনিতিগী সমাজগী অহোংবা পবক্লবা কন্না হোৎনজবা কাংবুগা মায়োকনৈ। অহোংবা অমা পুবকইর্বসি মখোয়না মায়োক মায়োক্লনা নমহত্তুনা নত্রগা মতাচাকদুনা লোয়ননা অহোংবা পুবক্লবা হোৎনবা কাংবুগী লাই যাওববা আশা, তৌবমদ্রবা নোংদম অমগী মপান্দগী পুবকপা ওইবা য়াই। রেলগাড়ী অমসুং রেলমকোক হৌবকপগী (পুথোবকপগী) রাহৌদোক অসি, মবাইবঙ লৈবন্না ফীবমদগী অওনবা লাকপগী মতাংনা, চাওববা পন্দুপ অমা ওইবমই তৌইগুম্বসুং লৈবাক অসিদা লৈবিবা মখোয়তগী ওইবা কান্নগীদমক মখোয়গী তৌবা গুম্বা, হৈ-শিংবা উৎথোকই, লোয়ননা মসিনা মখোযতগী ওইবা নিয়মবু কর্নশিলহন্নিংই। ভারত্তা লৈবা বৃটিশকী মমুৎ তানা খন্নববা পোলিসিগা মখোয়না খল্লুদনা মশানা থোল্লকপা ফলগা হানগী খেৎনবনা চপনাবা থোকহল্লে লোয়ননা পোলিসি মশামক্কী মশক লোৎশিনহল্লি। নোংচুপকী ইহৌনা মবম ওইনা ভারত্তা অহোংবা অমা পুবকই (হৌবকই); তৌগুম্বসুং বৃটিশনা ভারত্তা লৈনা লৈনা অহোংবসি লাকইর্বান। অহোংবা লাইর্বসিগী খোংচৎ অসি তপহন্নবা লাকনবদা মখোযনা অসুক নিংথিনা মমাই পাকখি মদুদি হৌজক লাকইবা সবকাবগী অওনবা অসি মপৃং ফাগদবা যাম্না রাৎলি।

ইংলণ্ডদগী ভারত্তা ভারত লৌবা লাকইবা শেঞ্জাও পায়বা লমযাম চোবা মীশিং অমদি মখোয়গী কাংবু অসি পৃথিবী অপুম্নদা শেঞ্জাও পাযব-লমযাম চাবগী রাখল লেংদনা অদুম মবৈ। মখোয়দদি ভারত অসি ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানিগী ওইববা পাক-চাওববা লম ওইবমই; লোযননা জামিদারীশিংনা মখোযগী লম অমদি খাটিয়ানশিংগী মহৌশাগী ওইবা স্বাইদগী হেন্না ফববা মীহুৎ ওইবমই। ভারতকী মমল ওইনা শেনযাম পীদুনা ক্ষত্রিপূবণগুম বৃটিশ কাউন্না ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানিদগী ভারতকী লম পুম্বা লৌহৌবববা ফাওবদা হাযখিবা মখোযগী রাখল অদু লেংদনা লৈবমই। (ভারতকী পব্লিক ডেষ্ট অসি অসুম্না হৌখিবনি। মসি ভারতনা পীখিবা ভারত অতৈমন্নি)। মতুংদা বৃটিশ গভর্ণমেন্ট জমিদারীঙাক ওইখি (নত্রগা জমিদারীগী এজেন্ট ওইখি)।

ডিভ৺সয়াবগী দ্যকা ডিভনসয়াব হায়না মাগী লেংমান্নবীশিংনা লৌবগুম, মখোয়না তৌবা থবক পুন্না মখোয়-মশাবু মখোযনা ইণ্ডিয়া হাযনা লৌজবমই। ভাবত্তা লৈবা থবক তৌবা মী কোটি কয়ানা জমিদাবীগী মখাদা লৈবা খাটিয়ান ওইবমই মখোয়না ভাড়া অমদি খাজনা পীদুনা জামিদাবিগী চৎনবী নিয়ম মতুংইন্না মখোয় মখোয়গী লম ঙাকশেন্দুনা শীজিন্নদুনা লৈবা তারম্মী। মখোয়গীদমক্তদি হুকুম মুক্লবসু পৃথিবীদা চৎনবিবা চৎনবোন থুগায়বগী মবান লংশিনবা অমদি ঈশ্ববনা পীনবীরকপা থৌদাং যানিংদবগী মবান লৈবে হায়না লৌগনি।

ভাবত্তা চৎলিবা বৃটিশ কলগী অচুম্বা, চুমই হায়না ৱাখলনা লৌরিবা শকক অসি হৌজিক শেবায়বা মওংদা ফোংদোক্লবসু, মকওইবা শকক্তি হোংবা লৈতে। অশেংবা অচুম্বা শাদুনা নম-হাদুনা ভাড়া-খাজনা লৌবগী কুইখ্রবা নিয়ম অসিদা হৈশিংবা নকোয শুবা প্লান স্কিম যাওবি। জমিদাবিশিংনা মখোয়গী খাটিয়ানবু নুংশিবা থৌজানগী মিৎযেংনা য়েংগদর্বনি লোয়ননা মখোযগী খুদোংচাবা হান্না য়েংগদবনি হায়বসি চুম্নবনি। কাটিয়ানশিংগী মবক্তা খাইদগী হায়বা ইনবা, জমিদাবিবু লুনা তৌবা মখৈদা, অফিসকী (লম ঙাকশেনবা অফিসকী) থবক্তা ফমথোন পীগনি, ঙাকশেনবগী মখাদা মখাপোনবা অফিসকী থবক পুবগী শকক শিন্নগদর্বনি হায়বসি য়ানবম্মী। তৌইগুম্বসুং জমিদাবিগী চৎনবিবা নিয়ম মুক্লববুদি যাবোইদর্বনি। মীশক হোংলবসু হান্না চৎনবম্বদু ইকাই কায়দনা লম অদুগী নিয়ম কায়দনা চথুগদবনি। থোকইবা থৌদোক্লা তর্কশিন্দুনা অহোংবা লাকপনা শোযদ্রবসু লমদুগী মবী লৈনবা অফিসতা অফিসকী থবক তৌদুনা লৈবিবা হায়বা ইনবা থবক তৌবশিং হান্নগুম্না অহোংবা লৈতনা চথুগনি, জমিদাবিগী অবিবা অনৌবা মপাংশিং, তুংইনবশিং, মখাপোনবশিংগী ফংফম থোকপদু লেংদনা ফংহনগনি, চহি অহল ওইববা পেন্সিল ফংলবশিংনা মখোয়গী ফংফম থোকপা পেন্সিল হান্নগুম্না অদুমক ফংগনি, অহল ওইববা জমিদাব মশামক লম অদুগী অফ-ফত্ত পাওতাক পীবা মীওই ওইনা লৈবগা লোয়ননা পুকচেল চাওবা মতেং পাংবা মীওই ওইগনি হাযবা পুম্বসি হান্নবা য়াখোক্লুনা যাম্না লৈখ্রবা ৱাফর্মনি, অসুম তৌদুনা মকওইবা, লাক্রবা যাদ্রবা অহোংবা কযা পুবকইবা হোৎনবকপা পুন্না নমথাগদবনি।

মখোয়গী কান্নগদবতা য়েংবা ৱাখলগা লোয়ননা ভাবতপু মশকখৎনা থম্নবা ৱাখল অসি, পুম্নমকন বৃটিশকী ওইবা ৱাংলবা লৈঙাকলোনগী থবক্তা খাইদগী কনবা ওইহল্লমই। লাইবিক ইবা সাহেব অমনা হাযবম্নগুম চহি কয়াগী তুংদা মসিপুম্বসি ইণ্ডিয়ান সিভিল সার্ভিস" "পৃথিবীগী খাইদগী থবক তৌবদা চেৎশিন্নবা ট্রেট ইউনিয়ন" কৌবা চেৎশিন্না নিংথিনা শেমগৎলবা কোর্পোবেসন ওইবকখি। মখোযনা ভাবত পায়বমই, মখোয়না ভাবত ওইবমই, মখোযগী কান্নবা মাংহনবা পুন্না ভাবতকী মাংতাকনবনি হাযনা লৌবমই। ইণ্ডিয়ান সিভিল সার্ভিসতগী অমদি মখোযগী মমাংদা তাদুনা লৈবা ইতিহাস মখল অমসুং মতম মতমগী থোক্লকপা থৌদোক্তগী অসিগুম্না ৱাখল অসি তোঙান তোঙানবা মখলগী চাংদা অমদি বৃটিশ প্রজাশিংগী খেৎনববা ৱাখলগী তোঙান তোঙানবা ফীবেপ তান্না শন্দোক্লমই। লৈবাক ঙাকপা নিংথৌশিংগী মহৌশানা মপুংওইনা মদুদা শকক যাবমই; থবক শুবা মীওই অমদি লৌমীশিংবু মসিনা খবমখৈ চিংদুনা পুবমই, মখোয়মক্কী মবৈবাক্তা মীপান তাংনা লৈববা ফাওবদা মবৈবাক অমসুং মখোয়গী লৈজবা শকক্তীদমক মখোয়না থোযনা চাওথোকচবমই। ভাবত্তনু লাক্লর্বদি হাযবিবা থবকশুবা মীওই অমদি লৌমীশিংনা তশেংনমক লৈবাক ঙাকপা কাংবুগী মরক্তা য়াওশিল্লমই। ভাবতকী ইতিহাস অমসুং কলচব মখোযনা কবিমতা খংলমদে; অদুমদি ওইবগা ভাবত্তা লৈবা বৃটিশকী মতমদুদা চৎনবম্না নিযম্বদি মখোয়না হেক্ত ঙাক্লা চৎলমই, মবমদি খংজিনবা য়াবা উৎপা তাকপা যাবা মখোযগী অতৈ ষ্টেগুব অমতা লৈবমদে। চাওবাক্লা হায়ববদা শাজিন্নবা পুকচেল চাওশিন্নবা ৱাখলনা মখোয়গী ওইবমই মসিপুম্না অবেপ্পা নিয়ম অমগী মখাদা চেকশিন্না ফীবম য়েংনা চৎলমই। চহি চামবোম অসি বৃটিশকী প্রজা কাংলুপ পুম্বদা অসিগুম্বদা নিয়ম্না মচুশংলমই; জাতিগী সন্বমক ওইবগুম চৎনবমই; হোংবা লৈত্রবা অবেপ্পা অমা ওইবমই; ভাবত্তা মখোযগী শকতমবু মসিনা মওং অমা তানা শেমলমই, লোযননা মখোয়গী য়ুম্বানগী পীবোপসু চাং অমদা থম্লমই। ঐখোয়গী মতমদা অসিগুম্না ঙক্লবা কাংবু অসিগী অবেপ্পা ষ্টেগুব অমদি। নিয়ম অদুদগী হেন্দুনা পৃথিবীগী অতৈ মফমদা চৎনবিবা ইবাংগী স্তান অমতা লৈবমদে, বৃটিশ লেবব পার্টিগী লুচিংবশিংনা হৌজিক লৈবিবা ভাবতকী ওডববু থাজবগা লোযননা শৌগৎলি। মতম খবদি মখোয়গী য়ুম্বানগা লোয়লমগী পোলিসিগা খেৎনবা মখোযনা খংদবগা

তৌগদৌবিবা থবক্লা খেৎনবা উবদা হৌশিংদবা চম্মনবা রাখলদা মখোয়না তাউবমই, সাধাবণ জ্ঞান লৈবা থবক্কী মী অমদগীদি মখোয়না হেল্লি হায়না খন্দুনা চেকশিন্না শেমশাববা অশোন্বা জ্ঞানগা লোয়নননা মখোয়না হোল্ল হায়বা উৎলে। তশেংনা থবক্কী মাইকৈদা খোংদাবা মীশিংনা নিংথিনা শাগৎলবা অমদি খংনববা থবক্কী। মাইকৈদা, হান্না লৈববা নিয়ম মখাদা মখোয মশামক চংশিন্নে, কবিমতা খংনদনা অমমবদা চোংশিন্নদে চুম্মী লাল্লি খংদনা থিউবি নত্রগা নিয়মগী মখাদা থবক পায়নবে।

ইংলণ্ডগী ভাবত্তা পন্দনা লাকপা ভাইসবোইশিংনা ইণ্ডিয়ান সিভিল সার্ভিসকী ফীবেম্লু থাজবা তাবনি লোযনননা মশামক হৈনহনবা তাবমই। ইংলণ্ডগী নিংথৌ শাগৈ ওইবা অমদি ইংলণ্ডগী মীওই ওইবনা, মতম মতমগা ওইবা অমদি ইংলণ্ডগী মীওইবনা, মতম মতমগী ওইন লৈবম্বা I.C S কী শক্তম লৌশিনবদা মখোযগী অকন্বা লৈতে, মতোমতনা খ্বাইদগী চাওবা অঙন্বা ওইবনা, মখোযনা মান্নবা অচৌবা অতৈ অমা লৈতবনা মখোযনা পান্বা মঙংদা মখোযনা হায়ানংবা হাযবদা মখোযনা অশেংবা অচুন্বা অহোংবা লাযনা পুবকপা ঙমই। অঙম্বনা অমোৎপা থবক তৌই লোয়ননা লোযনা চাওবা অঙম্বনা থোয়না হেন্না অমোৎপা থবক তৌই, ভাবত্তা লৈবা বৃটিশকী ভাইসবোযগুম্না কনাঅমতনা পাকচাওববা পৃথিবীদা অশুক যামগ্রবা মীয়ামগী মখুতা ঙসি নেত্তুনা পানবা নৌত্রি। ইংলণ্ডগী প্রাইম মিনিষ্টব অমতনা নত্রগ ইউনাইতেড ষ্টেটকী প্রসিডেন্টনা, ভাইসবোযনা ঙাংবা রাঙাং অসিগুম্বা ঙাংখিদ্রি। মসিগা তেক মান্নবা তৌখিবসি হিটলাবতনি হাইবা যাই। ভাইসবোযদা নত্তে, মহাক্কী কাউন্সিলগী বৃটিশনা মেম্বব পুন্না, গভর্ণবশিং মদুদগী হেন্দোক্তুনা ডিপার্টমেন্টকী সেক্রেটিবাবশিং নত্রগা মজিষ্ট্রেটশিংনাচিংবা পীক্লবা অফিসাব পুম্বসুনি। মখোযনা থোযনা (চাওথোক্লা) অমদি লাম্বা ফংদবমখৈ বাংনা রা ঙাংই, মখোযনা হাযবা তৌবনা মচুমলে খন্না ফাদোক তাফম থোক্লবা মীব্ কল্লি, লমচৎ শাজৎ নাযদবনি হাযনা খন্নবা যাবা অদুফাওবা মখোযনা অচুমবনি হাযনা লৌই (মখোয়না যানিংলগা), মবমসিনা মসি পুন্না মখোযগী শক্তি অমদি মগুণনি হাযনা লৌই।

ভাইসবোইগী কাওন্সিল মেম্বব খবদি ইংলণ্ডগী তেঙা হাপই, মখোয়শিং অদু ইণ্ডিযান সিভিল সার্ভিসকী মনুংদগী নত্তে। লমচৎ শাজৎতা হাযদোবকপা ঙাংথোবকপদা মখোয অদুগা সিভিল সার্ভিসকী মীওইশিং খেংনৈখ না মান্নদে। মখোযনা (সিভিল সার্ভিসকী মীওইশিংনা মখোযনা তৌফমথোকপা থবক্কী ডমখৈনুংদা লাযনা মথৌ পাংথোকপা ঙমই অদুগা অতৈশিং অমদি অচৌ অশাংগী ওইবা মশানা চন্নজফম থোকপা অচৌ অশাংগী শক্তিবু মবমচানা শীজিন্নজবা ফাওবা ঙমজদে। মখোযগী জ্ঞান অমদি মশীংনা হৌনংবা ওইজনবসু মশেংনা মীকোক থোংলবা ফাওবদা যাওবিবা ভাবতমচা মেম্ববশিং (ফজন লেন্দা হায়ববদা) কা হেন্না খুৎ থাবা তৌবমদে। মথং মথং ফমথোন কাবদুনা ফানা চাওনা ফমনাইজববসু সিভিল সর্ভিসতা যাওবিবা মেম্বব ওইবিবা ভাবতমচাশিংদি শুমহৎনবগী মশক ওইববা কাংলুপ্তা য়াওদে। অদুবু মখোয খবদি মখোযগী লোযনবশিং অদুগী মতৌ তম্নবা ফনা কন্না লাক্লবমই অদুবু কাবমতা কান্নখিদে মখোযদি চাওথোকচবনা তেনবা খ্বাইদগী লংনফম ওইবমই।

ইণ্ডিযান সিভিল সার্ভিসকী নৌনা লাকপা বৃটিশ মেম্বব মবোন অসি হান্না লৈবম্বা কাংবুগা লাখলদা, তৌথোবকপা থবক্তা খবমখৈদি মখেৎনবে, মসি ঐগী থাজবনি। হান্না লৈবম্না পোফমদা লাযনা মখোয়না চানহনবা ঙম্নমদে, অদুম্নদি ওইবগা থবক তৌনবা শক্তি লোযনননা পোলিসিদি হান্না লৈবম্না মেম্ববশিংগী মকোক্তগী থোবকপা ঙাক্লি, অদমকপু, অনৌবা মদুনী মাযোক্তা কাবমতা তৌবা ঙম্নমদে। হান্না শেমদোক্তুনা থম্লবা হুকুম মখোযনা যাবা তাবমই নত্রগা কবিগুম্না অমা হায়াজন্দুনা থবক থাদোক্পা লোয়নননা মবমলেন্দা হনবা তাবমই।

ঐহাক্লা নিংশিংলি, ঐহাক্লা নিপামচা ওইবিঙৈ মতমদা ভাবত্তা বৃটিশকী ওইনা ফোংনা খবব চে পুম্নমক অফিসকী পাও, অফিসনা লাওথোকপা শকক, থবক হাপ্তোক হাপচিনবগী পাও, মফম হোংদোক-হোংজিন তৌবা, ফমথোন কাবগী পাওদা পীক থল্লমই; লোয়ননা বৃটিশ সমাজনা তৌবা থবক, শগোল কাংজৈ, শগোল লমজেন জগোয় অমদি ড্রামা নচিংবগী শকক্লা নম্না ফোংলমই। ভাবত্তা লৈবা প্রজাশিংগী মবমদা কবিমতা ইবীবমদে; হাযবদি ভাবত্তা লৈবা প্রজাশিংগী বাজনিতি কলচব, সমাজ, অর্থনীতিগী মবী লৈনববা পুন্সি অসিনচিংবগী মবমদা কবিমতা ইবীবমদে। কনাগুম্বনা কবিগুম্না পাওজেন চেশিং অদু পাকববদি মশামকপু হিংলিব্রা হায়বা চিংনদবা ঙমলোই।

তবামথোয়গী পার্টি হায়বদি হিন্দু, পার্ট অমসুং ইউবোপিয়ান পার্টি মবিসিনা শান্নবা Quadrangular Cricket Match অসি বম্বেদা তোয়না শান্নবমই। ইউবোপিয়ান ইলেভেনসু বম্বে প্রসিডেন্স হায়না কৌবমই, অতৈ ইলেভেনসিংনা হিন্দু, পাঙগুন, পার্সিনি। বম্বেবু মকওইনা ইউবোপীয়ান মহৎশিল্লমই; কনাগুম্না খনবা য়াই, অতৈদি থবক অসিগীদমক্তা শেমগৎপা মীতোপ্‌কী জাৎনি। Quadrangular Match অসিগী মবমদা কয়া অমা খন্ন-নৈনগ্রবসু গৌজিক ফাওবা চথবি, ধর্ম্মগী য়েংদুনা ইলেভেন (পার্টি) খল্লোইদবন শেমলোইদবনি হায়না কয়া অমসু খনন নৈনখি। বম্বে প্রসিডেন্সি টিম অসি, ঐহাক্না থাজবদি, হৌজিক "ইউবোপপিয়ান" হায়না কৌনম্লে।

ভাবত্তা লৈবম্না সাহেবশিংগী ক্লবশিংদি মহৌশানা লম লমদুগী মমিং থোল্লমই – বেঙ্গল ক্লব, এলাহাবাদ, ক্লব অসিনচিংবা। ক্লবশিং অসি বৃটিশশিংদমক অমদি ইউবোপতগী লাকপা মীতমক য়াওবমই। লম লমদুগী মমিং থোনবদা মায়োক য়াবগী কবিমতা কান্নবমদে, মী খব পুনশিল্লগা মখোয় মশামক্কী ক্লব লিংখৎচবা য়াবমই; অদুন্নদি ওইবগা মপানগী মীওইশিংবুদি য়াওহনলমদে। অদুন্নদি ওইবগা অসুম্না মিংথোনবসি মতমদুদা বৃটিশকী চৎনবম্না চৎনবীগী মতুংইন্না থোনবনি, মখোযগী চৎনবী মতুংইন্না মখোয় তশেংনা ভাবতকী মীনি হায়না খন্নবম্মী, লোযননা তশেংনা ভাবতকী মীনি হাযনা খন্নবম্মী, লোয়ননা তশেংবা বেঙ্গল, এলাহবাদনচিংববু অদুম লেংদনা খংনহল্লমই। অতৈদি থোয়না কান্নবমদে, মখোয়না মখোয়গী মফমদু খংনজববদি মাদুনা মখোয়গী কান্নবনি নত্রগদি অবাপ্পা চত্তৎনবা ওইবা য়াই। অতৈ অতোপ্পা মবম থিজনবা তৌদনা (অতৈ অতোপ্পা মবম কয়াদা খুৎ থাব তৌদনা) শান্নমীন্ননবা, সমাজগী ওইনা ৱাবী-ৱাতাই শান্নমিন্নবা ঙহাক হাংবা শংনবা মতমদা ময়াম পুন্না উন্নামিন্নবা মপান নাইদ্রবা কলচরগা যাওনমীন্নববা মীওইবা মবক্তা চৎনবীবা অচুম্বদগী ইউবোপকী মী নত্তবা মীওইশিংবু যাওহন্দবা তিন্নদবনি মখোয় মজাত্তিগী খজিক কাহেনবনি। ইংলিস নত্রগা ইউবোপীযান ক্লবশিং তোঙান তাজখিবদা, ঐবুদি, কবিমতা য়ানিংদবা লৈতে, অদুবু ভাবত মচা অমতনা মখোয়গা লোয়ননিংদে (তিন্ননিংদে) অদুবু সমাজ মশেন অমগা অমগা তিন্ননিংদবা শম্ননিংদবসি তশেংনমক জাত্তি তোঙানখিবা লোয়ননা লৈবাক্কী ৱায়েঞ্জে পাযবা কাংবুনা অচাওবম কানিংবা অমদি অতৈগা শনমোৎ ওইনিংদবদগীনি; অতৈ মবম কয়া অমসু লৈবি। বম্বেদা মমিং চৎলবা ক্লব অমা লৈ; নিংথৌ মচামক নত্রগা খুৎশা হৈবা কোল কাবখানাগী মকোক ওইবমক ওইববসু, ভাবত মচাবু ওইববদি, ভিজিটবশিংনা লৈবা ক্লব অদুগী কা মনুংদা (মীনায় অমা ওইনা নত্তনা) চংহন্দে, মসি ঐহাক মুন্না খংলবনি।

ইংলিস (সাহেব) শিংগা ভাবতমচাশিংগা মুক্তরিবসি ভারত্তা লৈবা মীনা জাত্তি য়াম্মনখিবনা নত্তে, এশিযা অপুম্বদা লৈবা মীবু মী ওইনা উদবদি ইউবোপ্তা লৈবা কাংবুনি। ভাবত্তা লৈবা ইউবোপিয়ান খুদিংমক–জর্ম্মনবু ওইববসু, পোলগুগী মীবু ওইববসু নত্রগা কমানিয়াগী মীবু ওইববসু শাসন পায়বিবা জাত্তি (শাগৈ-নাতৈ) গী ইমুং মনুং ঙাক (মেম্বরঙাক) ওইনা হেক্ত তৌই। বেলগাড়ীদা, ষ্টেসন্দা লৈবা অহিং লেকফম কাশিংদা, পার্কত্তা থাদুনা লৈবিবা বেঞ্চশিংনচিংবা "for Europeans only" হায়না হেক হেক থাজিল্লি (ই শিল্লি)। খা অফ্রিকা নত্রগা অতৈ মফমদা অসুম্না তৌবসি ওহ্লোক্না ফত্তবনি, অসুম্না কনাগুম্বা অমগী লৈবাক্তা হেক তৌবসি লৈবাক অদুদা লৈবা মীবু উশিংথওইদবনি, লৈবাক অদুদা লৈবা মীওইশিংবু মীনায় হায়না তত্তনা নিংশিংহনবনি।

শাগৈ জাৎ ফবর্বনি হায়দুনা অমদি নিংথৌশাগৈদা পোক্লবনি হায়দুনা মপাম্ভোংদা চাওথোকপা অসি খবা খবা ওইনা অহোংবা অমা লাক্লে হায়বসি অচুম্বনি; অদুবু মসিগী খোংচৎ অসি খজিক তপই, অদুগা মপাম্ভোংদা অফ শাবা চিনবান্দা লানবন খোইহিং তৈবগা পুক্নুংদা হু ফুম্বগী খুদমকদি য়াম্না তোইনা থোকই। বাজনিতিনা খুমাং চাওশিল্লকপা লোয়ননা মবৈবাক মজাত্তিগীদমক শিবা কীদনা হৌনবকপা অহোংবসি পুবকখি লোয়ননা মহৌশানা শাগৈজাৎকীদমক চাওথোকপা কা হেন্না চাওথোক্না ঙাং শকপবু মখু য়ৈথোক্লবা, ৱাখল চংনা হোৎনহন্নবা, ৱাখল লিচিং য়াওবমই; বাজনিতিগী খোংচৎনা লুশিল্লক্লবদা অমদি খোংচৎ অসিবু নৈখায়নবা হোৎনবক্লবদা অসিগুম্লবা বাজনিতিগী খোংচৎনা থায়নগী নিংথৌ শাগৈ অমদি জাৎ অফ-ফত্তগী পোংনবম্বদু য়ৌবা যাবা থাক য়ৌবফাওবদা পুমশি শিনা হাৎতোক্লগা অমুক খন্না মখৈ হিংগৎহল্লমই।

ইংলিসশিং (সাহেবশিং) অসি ম্রান তাবা মীঙাক্লি অদুবু মীবৈবাক্তা মখোয়না চৎপা মতমদা মশামকপু অঙকপা ফংনা মশক খংজদে। প্রজাগা নিংথৌগা মখোয় মশেন অমগা অমগা লৈনবা মবী ভাব তানবা ভাবক্তা লুনা থোকই; অসুম্না ভাব তানদবা অসি তশেংনা চুম্লবনি। মসি য়াম্না মুন্না খন্থববনি হায়না কনাগুম্বা খল্লম্বদি য়াই; অতৈ পুম্বদি মখোয় মমিৎ তাংলবনি; তৌইগুম্বসুং অচুম্বা হায়বদুদি মাংবা য়াদে, মখোযবু (অচুম্ববু) অদুক থৌওইদবগী তৌবনি; মখোযনা (অচুম্বনা) মীওইবগী ৱাখলবু চুম্না (অচুম্বা মওংদা) তকশিল্লক্লবদা নুংঙাইতবা ৱাখল পোক্লক্কনি; মবমচাদবা থৌদোক থোক্লকপদা চলাক তৌশিল্লকপগুম খন্দুনা পুক্লিংদা য়ানিংদবা পোকই।

কাংলুপ কয়ামকম খায়ববা লৈবাক অসিদা বৃটিশনা, মকওইনা, ইণ্ডিয়ান সিভিল সার্ভিসনা মখোং চেৎনা তোঙান তানা লৈববা কাংলুপশিং সম্প্রদায়শিংবু তেন্না চেৎশিনহল্লমই। সির্ভিল সার্ভিসতা য়াওবিবা ভাবতমচা মেম্বর্বাশিংনা কাংলুপ কাংলুপকী খুদম বেজ মার্কা উৎনা শেৎ-চাববসু লোযননা সম্প্রদায় সম্প্রদায়গী নিয়ম ঙাক্না চৎলবসু তশেংনমক মখোযদি কাংলুপ সম্প্রদায় অদুগী মনুং চনবা নত্তে। ধর্ম্মগী শক্তম অমা লার্কশিন্দুনা কাংলুপ খুদিংনা মাগী মাগী কাংলুপকী চাওখৎনবা লাক্লবমই; ধর্ম্মগী শক্তম অমা শেম্বদা কাংলুপ অদুগী মকওইবা কায়বা, কাংলুপ অদুগী ফীবম চেৎশিনহল্লবা ধর্ম্মদুগা মবী লৈনবা, চুশিন্নববা ভাবনা শাবা ৱাবী কয়া শেম শাজিল্লমই। মকওইনা পান্নবা অর্মাদ থাজনবা অসি পুনশিলবদি পাঙ্গল কল্লবা শক্তি অমা ওইবকই; মদুবু মুকলুবনা নুংঙাইতবা ৱাখল পোকহল্লি লোযননা অকীবা ফংনা শাওহল্লি।

# তরেৎশুবা পন্দুপ

## অনিশুবা তাংকক

# বেঙ্গলদা লুট তৌবনা ইংলণ্ডদা হৌরকপা খুৎশা হৈবগী লাল্লৌবু মতেং পাংলমই

তবাতবেৎ শুবা খৃষ্টাব্দগী অহানবা হৌবকপদা সুবাটতা ফেক্টবি অমা খুলিনবা মোগল নিংথৌরেন্দগী ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পেনিনা পার্মিসন লৌবমই। চহি খবগী তুংদা ভাবত্তা মখোযনা লম মচেৎ অমা লৈবমই অদুগা মাদ্রাজ লিংখৎখি। ১৬৬২ দা পোর্তুগালদগী অউনপোৎ ওইনা ইংলণ্ডগা লাডা অনিশুবদা বম্বেগী ইথৎ পীখি; মহাক্না লম অসি কম্পেনিদা শীন্নখি। ১৬৯০ দা কলিকত্তা সহব শেমগৎখি। তবাতবেৎ শুবা খৃষ্টাব্দ লোয়বমদাইদা ভাবত্তা বৃটিশকী খোংদাফম কয়ামকম শেমগৎখি; অদুগা ভাবতকীন সমুদ্র মপান শিনবা থুংনা লানবন শাবমই। তপ্ন তপ্না কংফালনুংদা (ভাবতকী মনুং চন্না লৈবা লমদা) মখোয়গী লৈবাক শন্দোকখি। ইহান হানবা ওইনা, খৃঃ১৭৫৭ তা প্লাসিদা শোক্লখিবা লান্না পাকচাওববা লম কথা মখোয়গী খুৎ চন্নখি; চহি খবগী মনুংদা বেঙ্গলদা, উবিষ্যা অমদি নোংপোক থংবা সমুদ্র মপান মখোয়না খুৎ-চন্নখি। চহি নিফুবোমগী মতুংদা তবামাপন শুবা খৃষ্টাব্দ হৌগৎলকপদা চাওনবা খোংথাং অমা মখোযনা থাংজিল্লকখি। মসিনা মখোযবু দিল্লিগী খোংজংতান্না পুবকখি। ১৮১৮ দা মাবাঠাবু অবোযবা ওইনা মাইথীবা পীববা মতুংদা অচৌবা খোংথাং অহুমশুবা থাংজিল্লকখি; ১৮৪৯ দা শিখকী লান্‌ফম মতুংদা মবিশুবা খোংচৎ মপুং ফাখি।

অসুম্না চহি ৩০০ খবা হেন্ন বৃটিশনা মাদ্রাজ সহবদা লৈখি; চহি ১৮৭ চুপ্না বেঙ্গল বিহাবনচিংবা মখোয়না শাসন তৌদুনা ঙাক্লমই; চহি ১৪৫ গী মমাংদা খা ভাবতা মখোযনা লৈবাক শন্দোকলমই; চহি ১২৫ গী মমাংদা (হৌজিক মখোযনা কৌবিবা) ইউনাইটেড প্রেভিন্সেস, মধ্য ভাবত অমসুং নোংচুপ ভাবত মখোয়গী ওইনা লম লেপশিল্লমই; অদুগা চহি ৯৫ গী মমাংদা মখোয়না পঞ্জাব য়ৌনা লৈবাক শন্দোকখি। (মসি ১৯৪৪ জুন থাদা ইর্বনি। কা হেন্না পীকপা লম ওইবনা মাদ্রাজ সহব থাদোক্লগা অতৈ লম লৌশিল্লমই, বেঙ্গল লৌশিনবগা পঞ্জাব লৌশিনবগা চহি ১০০ বোম খেৎনবমই। মতমসিগী মনুংদা বৃটিশনা পোলিসি অমসুং শাসনগী নিযম থুনা থুনা হোংদোক্লমই। ইংলণ্ডনা নৌনা নৌনা চাওখৎলকপনা অমদি ভাবত্তা চৎনবা বৃটিশকী নিয়মদা অসুম অসুম কনশিল্লকপনা অহোংবসি থোকহনখি। অসুম্না তত্তনা অহোংবা পুবকপনা নৌনা নৌনা লৌশিনবা লমগী নিয়মসু অমগা অমগা খেৎনবমই; ব্রিটিশনা খুৎ চনশিনবা লৈবাক্কী শাসন পুবস্না কাংবুগী চৎনবন্না নিয়ম মতুংইন্না মখোয়গী নিয়মসু খেৎনহল্লমই। লাযনা জয় তৌব, বেঙ্গলদা, লৈবাক ঙাক্নুনা লৈবস্না পাওঙনবু লৈবাক অদুগী শাসন কর্ত্তা ওইনা লৌবমই লোযনন মখোয়গী শক্তি মাংহনবা যাবা পোলিসি বৃটিশনা চলাইবমই। অমবোমদা পঞ্জাবদি সিখকী মখুত্তগী শক্তি মুল্লমই অদুগা বৃটিশ অমসুং পাওঙনগী মবক্তা অহানবা ওইনা খেৎনবা কবিমতা লৈবমদে। ভাবতকী মফম পুম্বগী ওইনা যেংলুববদি মাবাঠাদি চপচানা বৃটিশকী মাযোক্‌যাবা কাংলুপ ওইবমই। বৃটিশ শাসন মখাদা খ্বাইদগী মতম শাংনা লৈবকপা ভাবতকী শককশিং অদু ঙসি খ্বাইদগী লাইববা লৈবাক ওইহৌবে হায়বা অসি পুম্নমক্না খংনববা অচুম্ননি। বৃটিশ শাসননা মতম শাংইবা অদুক লাইববা ওল্লি হায়বসিগা কুপ্না মবী খংহনবা যাবা মখল অমগী চার্ট য়েকপা তশেংনা যাফম থোকই। অচৌবা সহব খব অমদি ইন্দষ্ট্রি নৌনা লিংখৎলকপা লমদম খবদি জবিব অসিগী মকওইনা খেৎনবা কবিমতা লৈতে। মীয়ামগী ফীবম, অপুনবা ওইনা লৌশিনবা, খংজিনবদা মতিক চাবা ওইগনি; ভাবতকী মনুংদা খ্বাইদগী লাইববা লৈবাক্তা বেঙ্গল, বিহাব, উবিষা অমসুং মাদ্রাজ প্রসিডেন্সিগী অয়াম্বা শককনি হায়বদা চিংননিংঙাই কবিমতা লৈতে; মীয়ামগী ফীবম, য়ুম্বান কৈবানগী চাংচৎ পঞ্জাবতনা খ্বাইদগী ৱাংবা হেল্লি। বৃটিশনা ভাবত্তা খোংদাবক্ত্রিঙৈদা বেঙ্গল অসি তশেংনমক

ইনাক কৈবাক খুনবা, য়াম্না চাওখৎপা প্রদেশ অমা ওইবমই। খেৎনবা অমদি মান্নদবা অসিগী মবম কয়া'মা লৈ। মবম অমদা ইনাক খুল্লম্বা চাওখৎলম্বা, চহি ১৮৭ চুপ্পা বৃটিশনা শাসন তৌববা তুংদা ফীবম ফগৎহন্নবা, মশানা মবৈবাক ঙাকচানবা তম্বীনবা বৃটিশনা হোৎনবা য়াবা মখৈ হোৎনখি হায়না ঐখোয়দা হায়খিবা বেঙ্গলনা ঙসি লাইববনা পৎতৎলবা, চবাহেল্লবা, শিকম-নাকম তৌবা মীয়ামগী ৱাববা লৈবাক অমা ওইবিবা অসি কববা তৌগ্রিবনো হায়বা অচুম্বা মবমদু থিবদা লুনা থোকই।

ভাবত্তা চলায়বম্বা বৃটিশ শাসনগী মপুং ফাববা স্তান ইহান হান্না বেঙ্গলগী লৈবমই। হেক্ক লুট তৌবা অমদি হিন্দুনা লৈবিবা লৌমীদগীতা নত্তনা শিখ্রবা লৌমী ফাওবদগী ফাদ্দিং অমা ফাওবা তাদনা খাজনা লৌখৎপনা চৎনবী শাসন ওইবমই। ভাবতকী ইতিহাস ইবা সাহেব, এডৱার্ড থোমসন অমসুং জীঃ টিঃ গেবেট্‌না ঐখোয়দা হাযবমই, "a gold dust unequalled since the hysteria that took hold of the Spaniards of cartes' and Pizarro's age filed the English mind" অঙৌবা ই শিঙ্খ্রিবমখৈ, মকওইনা বেঙ্গলনা শান্তি, মশক খংলোই। মতুংদা চহি কয়া মরুম চুপ্পা ভাবত্তা চথুবকইবা অকীবা তুক্কচবা ফংনা শেন্দা চোপথবা বৃটিশকী শাজৎ অসিগীদমক্তদি ক্লাইবনা মকওইনা থোকহনবনি (দায়ীনি)।" পাকচা ওথ্রবা সম্রাজ অমা শেমগৎলম্বা ক্লাইডকী মূর্তি ইংলণ্ডদা লৈবা ভাবত্‌কী অফিসতা মযোক্লবা হৌজিক লৈবি। মসি শেংলবা লুটনি। খ্বাইদগী অকীবগী মশক ফংনা বেঙ্গলনা চাক তাংহনদ্রিবা ফাওবা পেগোদা পাম্বীবু তত্তনা হন্না হন্না নিলকমই। মসিগী নিযম অসিবু মমৈথংদা লল্লোনবা হায়না খংনবমই, তৌইগুম্বসুং মদুদা খেৎনবা কবিমতা লৈবমদে। হায়বিবা লল্লোনবা অসিমক গভর্ণমেন্ট ওইবমই। লোয়ননা লল্লোনবা অদুমক লুট তৌবনি। মসিগুম্বা কবিগুম্বা পোৎ অমতগী খুদম পীনিংঙাই ইতিহাসকী যাওদে। তোঙান তোঙানবা মমিংদা অমদি মওংদা, চহি খবদা নত্তনা মীবোন কয়ামকম মসি চৎনখি হায়বা নিংশিংফম থোকই। লুট তৌবগী মপুংফাববা থবক্লা অসুম অসুম তেঞ্জিল্লকপনা, অযেংবদা তাবদা হেক খংবা ঙমদ্রবসু, তশেংনা খ্বাইদগী ফংনবা, আইন্না যাবা থবক্কী মওং ওইহনখি। শেঙ্গা থুমজা, শেনগীদমক ফত্তবা থবক তৌবা, মীচং মীখায় নায়বা, নম্ফুদা থবক তৌবা, শেন মীহৌবা, ভাবত্তা বৃটিশ শাসন হৌবকপদগী মীবোন কয়া ফাওবা তৌখিবা অসি মীওইবগী স্তানগী বাংমদনি। ইংরেজি লোনগী শকক ওইখ্রবা হিন্দুস্থানি ৱাহৈ "লুট" হায়বা অসিমক মসিগী অর্থগা মান্নবনি। এডৱার্ড থোম্পসন্না অসুম্না হায়, মানা হায়বিবা অদু বেঙ্গলগী ঙাক নত্তে, "ভাবত্তা পাল্লম্বা বৃটিশকী ইতিহাসকী অহানবা শকক অসি পৃথিবীগী ওইনা যেকপা গ্রাফতা খ্বাইদগী ৱাংবা ৱাটব মার্ক য়ৌখি হায়বসি মী খুদিংনা নিংশিংনবি।"

বেঙ্গল অমসুং বিহাবগী মীশিংগী শকক অহুমগী শকক অমা শিহনখিবা, ১৭৭০ গী চাকতাংবা, বৃটিশ শাসনগী অহানবা হৌগৎলকপদা থোকখিবদু, মসি পুম্নমক্কী ফলনি। তৌইগুম্বসুং চাওখৎপগী তাং হায়ববু মসিনা লোয়বে ইংলণ্ডদা ইণ্ডষ্ট্রিয়েল, বিভোল্যুসন হৌখিবদা বেঙ্গলনা মতেং পাংবগী চাওববা থৌদাং য়াখি হায়বগীদমক বেঙ্গলনা চাওথোকচবমই। আমেরিকামচা লাইবিক ইবা, ব্রুক অডামসনা, মসি কবম্না থোকখ্রিবনো হায়বা মযেক শেংনা ঐখোয়দা হায়, নেশনেল কেপিটেলদা (লৈবাক্কী লৈজবা শেনফমদা) ভাবতকী শেনফম হাপচিনবনা, লৈবিবা শেনফমগী মপাঙ্গল হেনগৎহনবদ নত্তনা শেন চৎপা অমসুং চৎপগী খোংচৎ কনখৎপা হেনগৎহল্লমই। প্লাসিগী লানফম হেক লোয়বগী বেঙ্গল লুট তৌবসিগী পাও ৎঙ্গুনা য়ৌখি, মসিগা মন্নৈদি খুদক্তা থোবকখি, ইন্দষ্ট্রিয়েল বিভোল্যুসন ১৭৭০ দা হৌখির্বনি হায়বসি, মৱা চৎপা অঙপ্পাশং যানববা ৱাফর্মনি। ১৭৫৭ তা প্লাসি লানফম শোরুখি, (মসিগী তুংদা) যাম্না থুনা অহোংবা অমা পুবকইবা অসিগা মান্নবা কবি লৈতে। ১৭৬০ দা কলগী পাংগতেম ফ্লাই সাটল থোবকখি, কোযলানা উগী মঙ্গৎ শিনখি (মৈ থাবদা)। ১৭৬৪ । হার্বগ্রিভসনী স্পাইনিং জেন্নি (লংনাই তবেং) পুথোকখি, ১৭৭৬ তা ক্রোমতন্না ম্যুল (তবেং জাৎ) পুথোকখি। ১৭৮৫ দা কার্টরাইট্‌না পৱাব লুম (ইলেক্ট্রিক্কী ফীশা কল) শাখি, অদগা ১৭৬৮ দা ৱাটনা ষ্টিম ইঞ্জিন পুথোকখি। কলশিং (মেচিনশিং) অসিনা মতমদুগী অন্দোলন থোকহনবা থুহল্লবসু কলিং অসিগী থবক্লা কা হেন্না খুমাং চাওশিনবা মক্তি নত্তে। কলশিং অসি পুথোকই হায়বমঙাই নিংথিনা থবক চলায়বা মক্তি নত্তে, কলশিং অসি নিংথিনা থবক চলায়নবগীদমক মাতকচাবা মপাঙ্গল পীবা দবকাব ওই, মদুগীদমক ঙাইদুনা লৈনবই। অসুম্না মপাঙ্গল হাপ্পা হায়বসি শেলগী মথৌনি শেন্দি পন্দনা চৎহনবা নত্তনা তুংশিন্নবা নত্তে। ভাবত্তা চৎলিবা (ভাবত্তা লৈবা) শেন হাপচিন্দ্রিঙৈদা, শেন পুথোকপগী থৌশিন চৎনদ্রিঙৈদা হায়বিবা মবমসিগীদমক মতিকচাবা মপাঙ্গল হাপনিংঙাই ওইবমদে । পৃথিবী অপুম্বগী শক্তম লাকশিনবা হৌবকপদগী হৌবদুনা ভাবত্তগী লুট তৌদুনা হাপচিল্লকপা শেনফমগী অতোংবা লৈবমদে মবমদি চহি য়াঙ্খৈ বোম অসি লম্বা য়াওদনা গ্রেট বৃটেন লৈবমই।

# তরেৎশুবা পন্দুপ

## অহুমশুবা তাংকক

# ভারতকী খুৎশা হৈবগী থবক মাংহনবা লোয়ননা ভারতকী লৌউ-শিংউবা মাংথহনবা

অহানবা হৌগৎলকপা মতমদা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানিগী মকওইবা থৌদাং অদুগা কম্পানি অসি লিংখৎখিবগী মবমদি ভাবত্তা শাবা পোৎচৈ ফীবোন অসিনচিংবা লোয়নননা মৱা-মবাং অমদি অসিগুম্বা পোৎ চৈ, পোৎশিং অসিবু য়ামনা পাম্নবা, পাম্না লৈবা, ইউবোপ্তা নোংপোক মাইকৈদগী পুর্বনি। ইংলণ্ডদা খুৎশা হৈবগী ফল কাবখানাগী হৈ শিংবা হেনগৎলকপা লোয়নননা কল-কাবখানাগী অনৌবা শেঞ্জাও পায়বা কাংবু অমা থোবকখি; মখোয়না হানননগী পোলিসিদা অহোংবা অমা পুবর্কনিংলমই। বৃটিশকী কৈথেল্দা ভবতকী পোৎ য়োনবা থিংলমই অদুগা ভাবতকী কৈথেল্দা বৃটিশনা শাবা পোৎ য়োলহল্লমই। অনৌবা মী কাংলুপ অসিনা বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টপু খুদুম চনখিবমই; ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পেনি অমসুং ভাবতকী মতাংদা হেন্না খুদোংচাবা হৌবমই। হৈনবা হেক হৌগৎলকপা মক্তদা ভাবত্তগী পুশিল্লকপা পোৎ বৃটেন্দা চংহন্দনবা পার্লিয়ামেন্টতত্তা আইন ওইনা তাখি, অদুগা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পোনিনা ভাবতকী পোৎ ভাবত্তগী পুদুনা থাদোকপগী মোনোপোলি তৌবনা ভাবতকী পোৎত নত্তনা অতৈ মীবৈবাক্কী পোৎ য়াওনা থিংলমই। ভাবত্তা পোৎ শাবা অসি থিংবদা নত্তনা শাবম্নমখৈ শিনকুপ শানা খুগায়নবা, হোনবা য়াবা অদু কন্না হোৎনবমই; অদুদগী হেন্দুনা ভাবত মনুংদা ভাবতমচানা শাবা পোৎ শীজিন্নবা লৈবা য়াদনবা অকনবা লৌখৎপা য়াবা থবক লৌখৎলমই লোয়নননা ভাবত্তা মখল কয়াগী থাজনা লৌখৎলমই। অদুগা বৃটিশনা শাবা পোৎচৈ য়োনবদা অথিংবা লৈতে। ভাবতকী কল-কাবখানা পুমবা লেপ্পমই মদুনা ফীশাবা অমদি খুৎ শাহৈবা মীপুম্বা অৱাবা ইপাক্তা তাহল্লমই। বেঙ্গল, বিহাব অমসুং (ভাবতকী) মফম পুমবদা শিনবা থুংনা নিয়ম অসি থুনা চৎনহল্লমই; বৃটিশকী কল লেপ্পা লৈতনা শন্দোকখি; বেল লম্বী বেলগাড়ী, শেমশাগৎখি। জহাজ শাবা, যোৎনা শাব কল কারখানা মিংশেন, চে অমদি অতৈ খুৎশা হৈবগী থবক লোয়নননা মহৌশা ভাবতকী ওইনা লৈজবম্বা কল কাবখানা পুন্বা থুগায়বগী তবামপল শুবা খৃষ্টাব্দ চুপ্পা চত্থহল্লমই।

অবিবা মখলগী নিয়ম মতুংইন্না চলাযবা কল কাবখানা অনৌবা নিয়ম মখাদা নৌনা পুথোক্লকপা কল কাবখানাগা অনি অসি মশানা মুকখায়নবকপনা অসুম্না থোবকপা অসি মশান তাবনি। তৌইগুম্বসুং বাজনিতি অমদি অর্থনিতিগী তর্কশিল্লকপা খোংথাংনা মসিবু হেন্না থুজনহল্লমই; নৌনা পুথোবকইবা অনৌবা মওংগী কল কাবখানা শিজিন্নবা অসিমক ভাবত্তা থিংনবা হোৎনবা য়াবমখৈ হোৎনবমই। তশেংনমক অসুমনা অনৌবা কল কাবখানা শিজিন্নবদি থিংনবা কন্না হোৎনবনা ভাবত্তা শেন্থুমগী চাওখৎ খোংথাংবু ফাজিন্দুনা থমখি; অনৌবা ইন্দষ্ট্রিগী চাওখৎ খোংথাংবু থিংজিল্লমই। ভারত্তা মেচিন পুশিল্লকপা য়াহল্লমদে। বৃটিশকী পোৎনা মহুৎ শিনজিনবা য়ানবা মফম অহাংবা শেম শাদুনা থনমই; মসিনা থবক শুফম খৎদবা, থবক খৎদবা অমদি লাইববগী মাশীং য়াম্না থুনা হেনগৎহনখি। হৌজিক লোইলম ওইনা লৈববা ভাবতনা থাঙ্গনা মতম অমদা লৈবম্বা লোন তান্নবগী থবক মখল অদুত পায়খৎপা তারমই; খুৎশা হৈবগী ইংলণ্ডদা লৈবা কল কাবখানাগীদমক মচাক হুনবা লোইলম ভাবতনা ওইবা তাখি; ইংলণ্ডা লৈবা ইন্দষ্ট্রিগী খুৎলেপ্তুনবা পোথোক্কীদমক ভাবতনা মচাক হুলহনখি।

থবক শুজবগা হিংজবা শিন্নীশিংগী মখুৎ লেপহনবা, থবক শুফম খংদবা, থবক লৈতবা মীগী মশীং অঙকপা ফংনা হেনগৎহনখি। ইণ্ডষ্ট্রি ফেক্টবি, কল কারখানা থবক শুজবন্না শিন্নী কোটি কোটি অসিনা হৌজিক তৌগদবসি করিনো ? মখোয় কদায়দা চৎপ-তারি ? হান্না মহৌশা তৌজবন্না থবকসু মখোয়না হান্ননা থাদোক্লগ্রে, অনৌবা থবক্তসু মখোয়বু তৌহনখিদ্রে থিংগ্রে। তশেংনমক মখোয় শিবা তাবনি; লন্দী অসি মঙাইরে মখোয়না খাংঙমদ্রবা অৱাবা অসিদগী লাপ্থোক্লগা চেনগে হায়রবদি। কোটি কোটিনা খুজিং ওইদুনা কয়া অমসু অমং য়াইথোং কুমগ্রবনি। ১৮৩৪ দা ভারত্তা লৈরন্না ইংবেজি গভর্ণব জেনবেল লর্ড বেন্টিঙক্না বিকোট তৌবমই মদুদি লন্ডোন-ইতিকী ইতিহাসতা অসিগুম্না অসিগা মান্নবা অৱাবা শুকলৈ লৈখিদ্রি। লং নাযবীগী শক শয়াংনা ভাবতবর্ষগী তমগী শকক পুন্না ইণ্ডো ভৌনা কুপখি।

তৌইগুম্বসুং অসিফাওবদা মশীং লাকঙ্খদ্রবা কয়া অমসু হিংদুনা লৈহৌবি; বৃটিশ পোলিসিনা লৈবাক অসিগী কাচিন কোয়া অথাপ্পা লম য়ৌনা শন্দোবকপগা লোয়ননা চহি চহি খুদিং লৈবাক অসি অৱাবা চাং হেনগৎলকখি; লোয়ননা থবক শুফম নোমফম লৈতবগী শককসু থবক তৌবা ফংদবা মীশিংগী লোয়ননা হেনগৎলকখি। খুৎশা হৈবা, থবকশুবা মী কাংলুপ পুন্নমক থবক তৌবা ফংদ্রে; তৌনবা শুনবা থবক লৈত্রে; মখোয়না হৈজবা মহৈ অবেন্না তাগ্রে। মখোযগী লৈজবা হায়বৱু লম মঙাইহৌবে মবম অদুনা মখোযনা তৌবা য়াবা হাযবৱু লৌ খোইবা ইংখোল কোইবা মঙাইবে। লম অয়াম্বসু লৌশিনখিবনা মীপুম্বগী ওক্রবা লমসু মবাংকাইবমদে। মসিনা মবম ওইদুনা লৈবাক অসিদা লৈবিবা মীশিং কান্নদবা ওইবক্রে; অসুন্না কান্দ্রবা মীলেম মশীং হেনগৎলকলে, মদুনা লৈবাক অসি লাইব চুদৎনবা লম ওইহল্লে; য়ুদ্ধান কৈবান হাযফম খংদবা য়ৌনা হাইথবে। খুৎশা হৈবা থবক শুবা মী পুন্নমক মাগী মাগী লৈজবী লৌ ইংখোন্দা তাইনবা তাবনা ইণ্ডষ্টি অমসুং লৌউবা অনির্গী মান্নদবা চাংবু ময়েক শেংনা উৎলক্লে; শেন থোকপা যাবা থবক লৈতবনা থবক শুফম নোমফম লৈহন্দবনা লৌউবনা মীপুম খুদিংগী মকওইবা তৌদবা য়াদবা কাববাব ওইহল্লে।

ভাবত অপুন্না নোংমা নোংমগী লৌরাই ওইহল্লমই। চাওখৎপা লৈবাক খুদিংমক্তা হৌখিবা চহি মা কয়াগী লৈবাকশিংদুগী মীশিংনা লৌমী ওইবম্বদগী শিন্নী ওইখি, খুঙ্গং ওইবম্বনা সহব ওইখি, ভাবত্তদি, বৃটিশ পোলিসিগী মহৈনা পুন্নমক তাইওন্নখি। মশীং খর্বসি অদুক হায়নবা মঙাইবে খুও থেক্তুনা পাবা য়াবে। তবামাপল শুনা খৃষ্টাব্দগী ময়াই চল্লকপদা লৈবাকসিদা লৈবিবা মীশিংগী চাদা যাদ্ধে মঙাবোমদি লৌমী ওইনা মপুন্সি লেলমই হাযনা হায, হৌজিক লৈবিবা মীশিংগী মাদা হুম্ফুত্ববা মবি বোমদনি হায (মসি লানমাংগী মীশিংনি)। লানগী মতমদা কলকাবখানাদা থবক তৌবা মাগী মশীং খবমথৈ হেনগৎলবসু, মীশিংনা য়ামখৎলকপনা ১৯৪১ গী মীকোক থীবদা লৌমীগী মশীং যাম্না হেনগৎলমই। অচৌবা সহব শবদা হেনগৎপনা (মব ওইনা অপীকপা সহব ফাওবা শিংথাববদা) চেকশিন্না যেংশিনবা মীওই ফাওবদা লান্না লমজিংলমই; ভাবত্তা লৈবিবা য়ুদ্ধান কৈবানগী মতাংদা মঙোন্দা মসিনা অবানবা রাখল পোকহল্লমই।

মতমদুদা ভাবত্তা লৈবা মীশিংবু লাইব তালহনবগীমসিনা তশেংবা, চুন্নবা, য়ুম্ফম ওইববা মবমান; চাংদন্নবদা মসি ঙসি ঙবাংতা ওইনা উর্নবি। মসি থোকহনবগী অতৈ মবমাদ মশানা, লাইববা, থীনা চবাহেনবা, অমসুং হকচাংগী য়েংনা চাবা ফংদবা—লাইনা অমদি লাইবক হৈতবাগুম্বদগী ওইনা তৌই। কা হেন্না মীশিং য়াম্বসি লাইবক থীবনি; দবকাব লৈবা মতুংইন্না মসি থিংনবা থবক লৌখৎপা তাবনি; তৌগুম্বসুং কল কাবখানা য়াম্না লৈবা মীশিং কুংনা তাবা অতৈ লৈবাকশিংগা চাংদন্নবদা খজিক শাফবি, ফনা উবি। লৌ-শিং উবগী মখাপোনবা কাংবুগীদমক্তদি মশীং কা হেন্না য়াম্মলবনি; শেন তানবগী মিৎযেং মখাদা য়েংলুবদি মী য়ামই অদুক পোৎথোকসু য়াম্ফম থোকপনি লোয়ননা লৈবাক্কী লৈফম থোকপা শেঙ্খুমসু য়ামখৎফম থোকপনি। তশেংবমক্তি বেঙ্গল অমদি গঙ্গা তুবেন মপান্দা তাবা লৈতেম মান্নবা লমশিংগুম্না মফম অকনবা খবতদা কুংনা মীয়াম তাজবনি অদুগা অয়াম্না পাকচাওববা লম অতৈদদি হৌজিক ফাওবা তবল তবল মী তাবি। ভাবতকী মনুংদা লৈবা মী কুংনা তাই হায়বিবা অসিগী শকক অনি হেন্না মী কুংনা গ্রেট বৃটেন্দা মী তাই হায়বসি নিংশিংবা য়াই।

কল কাবখানাগী মতাংদা থোকইবা রাথোক অসি ভাবতকী মফম পুন্বদা য়াম্না থুনা শন্দোকখি; লোয়ননা লৌউ-শিংউগী মতাংদা থোকইবা রাকৎকী চাংদি হেন্না মখোং চেৎশিনখি। মাগী মাগী লৈজবা লম অসুম অসুম পীকশিল্লকখি; অসুন্না

পীকশিল্লক্তুনা মচেৎ তাবকপা শরুক শীজিন্নবদা কাগী ভারতকী, শীজিন্নবা য়ারক্তে। লৌশিং উবদা পুশিন্‌বা শেন শিংবা ঙমদবগী অৱাবা অহোইনা হেনগৎলকখি লোয়ননা শেনবুশিংগী মখুত্তা লম পুন্না তাখি। লম লৈশিল্লক্তবা লৌমীগী মশীং কোটি কোটি হেনগৎলকখি; ইগুষ্টি লিংখৎপা শেঞ্জাও পায়বা লৈবাক্কী মখা পোন্না ভাবতনা লৈরমই তৌইগুম্বসুং শেঞ্জাও পায়বা মহাজন লৈত্রিঙৈ মতমদা ওইরম্বা অথিক অবস্থা অদুনা ভারতকী ফীবম (শেন্থুমগী ফীবম) অমুক হঞ্জিল্লকইদি হায়ববু শেন থোকপা য়াবা পাম্বে য়াওদ্রবা, লৈত্রবা মহাজন লৈত্রিঙৈ মতমগী অর্থিক অবস্থানি হঞ্জিল্লকইবসি। খুদোংচাবা ফংদ্রবা অৱাবনা মশকক ওইরবা মখুৎকক্লবা উপায় লৈজদ্রবা, হৌজিক মতমগী ইগুষ্টি-শেঞ্জাও পায়বগী এজেন্ট ভারতনা ওইবমই।

ইগুষ্টি-অর্থিক লাক্রিঙৈ মমাংগী ফীবমগী শেঞ্জাও পায়বগী ইন্দষ্টি-অর্থিক অবস্থা ওম্বরকপদা মীয়ামগী অৱাবা চাং ঙক্লা হেনগৎলকখি লোয়ননা পোৎকী মমল হেনগৎলকপনা মীওইবগী অন্নাববু হেনগৎহলকখি। মমাংঙৈ মতমদা, অওনবা পুবক্লবা প্লান (হান্না শেমশাবা ৱাখল) লৈত্রিঙৈদা' নত্রগা ৱাবা কোকহন্নবা অতৈ পাম্বে থিনবমদ্রবা মতমদা মকওইনা মসিগুম্বসি থোর্কখি; অদুবু মসিপুম্বসি, মীপুম খুদিংগী হোৎনবগী মখা পোনবনি। অওনবা লাকপা মতমদা ইংলণ্ডদসু অসিগুম্না অৱাবা থোকখি; অদুবু পুম্নমক মিৎয়েং অমগী মখাদা অমতা ওইনা য়েংলগনি অওনবনা খোংচৎ থুজিনবনা অমদি নৌনা থুনা লিংখৎলকপা কল কাবখানাদা থবক ফংলমদবা মী পুম্নগী থবক পীখিবনা অৱাবদু অদুক হাক্লা শাথিবমদে। ইউবোপকী শক্তি পাযবা কাংবুনা অর্থিক অবস্থাগী (শেন তান্নবা লম্বীগী) খুঙ্জি পায়শিনখ্রবা ভারত চীনা অমদি অতৈ লোয় লৈবাকশিংনা, নোংচুপ ইউবোপকী ইন্দষ্টি হৌরমদাইগী অওনবা লাকপদা নংখিবা কোকনবা চাওরবা শকক অমনি হায়বা য়াই।

লেপ্পা লৈতনা ভারত্তগী শেন্থুম কয়া হোন্দুনা, শিল্লাংবা অমসুং হৈ-শিংবগী তৌবঙম্বা শক্তি, হৈ-শিংলবা থবক্কী মী-অসিনচিংবা ;চাওখৎহনবা ইন্দষ্ট্রিগী খুমাং চাওশিলহন্নবগীদমক ভাবত্তা মচাক মরাংকায়না লৈরমই হাযবসি অশেংবা অচুম্বমক্নি। ১৮৪০ দা বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টকী ইনক্কারি কমিতি অমগী মমাংদা শাখি পীবদা মোন্টগোমেবি মার্টিন কৌবা ইতিহাস ইবা নিপা অমনা হায়খিঃ— "ভাবত অসি লৌউ-শিংউবা লৈবাক অমা ওইবগুম্না খুৎ-শা হৈবগী লৈবাকসু চপচানা ওই; ভারতপু লৌউ-শিংউবা লৈবাক ওইহনগে লাক্লখিবা মহাক অদুনা ভাবতপু চাং তাহন্নবা হোৎনবনা অহোইননা সভ্যতাদুম পুরকখি।" তশেংনা মসিমক ভারত্তা লৈবা বৃটিশনা লেপ্পা লৈতনা অখাংকন্না তৌগে হোৎনখিবা অদুমর্কানি, অদুগা যুগ অমা মখাই চুপ্পা মখোয়না শুপ্রম শাসন তৌববতুংদা মখোয়গী মমাই পাকখিবা চাং অদুম্না ভাবতকী হৌজিক ওইবিবা ফীবম অসি তাহনখির্বনি। মতম অদুদগী হৌরদুনা ভাবত্তা, হৌজিক মতমগী ইন্দষ্ট্রিনা খুমাং চাওশিল্লকইবা অসিগী তকনর্বাস হৌখ্রর্বনি; (ঐহাক্লা নিংশিংবদা মসি য়ামদ্রবদা চহি ১০০ রোম কুইরম্লগনি); ভাবত অসি মহৌশা মকওইনা লৌউ-শিংউবা লৈবাক অমা ওইবমই অদুদা মহাক্কী (ভাবতকী) ওইজবা-হৈনবা থিদুনা-য়েংদুনা লৌউ-শিংউবগী থবক তৌদুনা খাংলমইবনি হাযনা ঐখোয়না তম্লমই। খুৎশা হৈবগী খুমাং চাওশিল্লকপনা লৈবম্বা চাংবু মথকমখা ওইহল্লমই লোয়ননা ভাবতকী মকওইবা শিনফম লৌউ-শিংউববু কান্নদবনি মাংনবনি হাযনা প্রমান তৌরমই। বৃটিশকী ইন্দষ্ট্রিয়েলিষ্টশিংনা (কল কাবখানাগী মীওইশিংনা) অমদি ইকোনোমিষ্টশিংনা কল কারখানাগী মীওইশিংনা) অমদি ইকোনোমিষ্টশিংনা (শেন্থুমগী মতাংদা থিজিনবা মীওইশিংনা) ভারত্তা লৈবা লৌমীগী মতাংদা উৎলমলিবা ইংনা মরাতপ্পা পানবা পুন্সি অসিমক তশেংনা নুংঙাইবনি। মসিগী মতাং অমদি ভারত্তা বৃটিশ সরকাবনা লৌমীবু নুংশিনা তৌবীবা অসি য়েংলুরগদি, শক্তি পুম্বনা মাগী ওইবা, ঈশ্ববগী মীহুৎ অসি থীনা তমখ্রবা লাইবক্তা মখোয়না (বৃটিশনা) লৌখৎলকইবা থবক অমসুং মখোয়গী ৱাখলগা তাইওন্নবা চান্নদব তাই, লোয়ননা লৌমীবু পৃথিবীদা খ্বাইদগী লাইরবা অমসুং খ্বাইদগী তোল্লবা মী অমা ওইহল্লে হায়না মী অমনা হেক্তা লেপ্পা য়াই।

ভারত্তা হৌবকইবা ইন্দষ্ট্রিগী চাওখৎ খোংথাংগী মায়োক্তা ঙাংবা মী খুদিংমক্কী ওইনা লুনা থোকই; তৌইগুম্বসুং ঙসি ফাওবদা মতুংদা ওইবক্কদবা প্লান পাকথোক শন্দোকনা হায়রুবদা, লৌউবগী থবক থৌশাদবা তৌরোইদবনি, অহানবদা মসিনা ইহান হান্না পায়খৎকদবনি হায়না তত্তনা ঐখোয়দা পাওতাক পীবা ঐখোয়গী বৃটিশ মরূপ মপাংশিংনা ঐখোয়বু ৱারকই। জ্ঞানগী মঙান মশেক খজিত্তং ফংলবা ভারত মচা অমনা লৌউবগী থবকপু থৌশাদে থৌওইদে, লৌমীবু কাওথোকই। ভারত্তা লৌউবা মীদি ভারতমচা নত্তনা কনামত্তে; মহাক্কী থবক্লা চাওখৎলকপা অমদি ফগৎলকপা মতুংইন্না ভারতকী চাওখৎলকপা

ওইগদবনি। তৌইগুম্বসুং লৌউবগী খুদোংথীববা মতাংদা মসি কুপ্পা খন্নবা তাববদা লৌউশিংউবগী হৌফম ওইববা ইন্দষ্ট্রিগী লুশিল্লবা মতাংগী মবী লৈনৈ। অনি অসি খাইদোক্লবা য়াদে অমদি তোঙান তোঙান পায়খৎপা যাদে; অনি অনি মাত্রা মান্নদ্রবা মদু কোহন্নবা তৌদ্রবা য়াদ্রবনি।

হৌজিক মতমগী ইন্দষ্ট্রিগী পায়খৎনবা খুদোং চাবা মতমদা পায়খৎলুবা ইন্দষ্ট্রিনা ভাবতনা মাইপাকপা উবদা ইন্দষ্ট্রি চাওখৎহন্নবা ভাবতকী তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈ হায়বদু উবা ফংগনি। ভাবত্তা লৈবিবা বৃটিশ সবকাবনা শাথিনা অখিংবা পীববা ফাওবদা, লোয়ননা বৃটিশকী কান্ননবদা খল্লবা ফাওবদা, তশেংনমক ভাবতনা ইন্দষ্ট্রিদা মাইপাকপা ঙমখি। ১৯১৪ ১৮ গী লাঞ্জাও মতমদা বৃটিশকী পোৎ পুশিল্লকপদা শকক থিবকপা মতমদা ভাবতকী তশেংবা অহানবা তাঞ্জা লাকখি। বৃটিশ পোলিসিনা মবম ওইদুনা চাং হম্বববসু ভাবতনা খবমখৈদি তোংবা ঙমখি (শেন্দোং ফংখি)। মতম অদুদগী হৌবদুনা, অাথংবা কয়া লৌথোক্লুনা মখোয়গী (বৃটিশকী) মশাগী কান্নবা থিবা কয়া থাদোক্লুনা ভাবতকী ইন্দষ্ট্রি চাওখৎহনবদা খুদোংচাবা পীনবা লেপ্পা লৈতনা সবকাবদা তকশিল্লমই। মসিবু মপাঙ্গোংদা যানিংবা উৎলবসু বৃটিশ পোলিসি ওইনা, চাওখৎ খোংথাং হৌবকপা খুদিংদা সবকাবনা অথিংবা মখল কয়া পীবমই মকওইনা হৈনিংবা পোকহল্লমদে ইন্দষ্ট্রিকী হৌগৎলকপা খোংথাংবু য়ৈথৎলমই। ভাবত্তা চৎনবা আইন্না বৃটিশকী ইন্দষ্ট্রিগী কান্নববু ভাবত্তা যৈথৎলোইদবনি হায়না কন্সটিটুসন, ১৯৩৫ দা ময়েক লানা ইদুনা যাওবি। ব্রুটিশ অফিসাবগী পোলিসিগী নৈহৎপা যাবমখৈ নৈহৎলবা হৌগৎলকইবা অমদি মবাচেৎনবা ইন্দষ্ট্রিবু অমুক শেমগৎ শাগৎনবা লেপ্পা লৈতনা য়াম্না কন্না হোৎনবদু লাঞ্জাও মমাংগী চহি খবদা উগনি। লানগীদমক্তা পোৎথোক মবাং কাযহনবনা তৌদ্রবা যাদ্রবা ওইবক্লবদা হৌখিবা লাঞ্জাওদা বৃটিশ অফিসাবনা নৈহৎখিবা উৎখিবগী অঙকপা খুদম উগনি। পোৎকী দবকাব অদুক য়াম্না ওইবক্লবা ফাওবদা ভাবতকী ইন্দষ্ট্রিবু বৃটিশনা পামদবা উৎলমই। থোকইবা থৌদোকক্কী ইথিন কনমর্নাখবনা ইন্দষ্ট্রি অদু চাওখৎলর্কখি, অদুম্না চাওখৎলকইবা ইন্দষ্ট্রি অদু অতৈ লৈবাক্কীগা চাং তম্নদুনা য়েংলুববদি কবিসু ওইদবনি।

ভাবতকী ইন্দষ্ট্রিগী চাওখৎ খোংথাংদা ইহান হানবা খোংফমগী হাকথেংননা মায়োক যাবনা লান্নবা ফল ফংহনবা নাকোইগী থোইনশিন তাহর্নাখ; অসুম্না চংখিবা অসিগা, ভাবতনা খবচ তৌদুনা বৃটিশনা কান্নবা ফংখিবা শেন চৎহনবগী পোলিসি, শেম্বুমগী পোলিসি, এক্সাইজ হুৎ, কষ্টম দুৎতি পাংথোক্লুনা হাকথেংননা খাজনা নমদুনা লৌবগা অম্মানি।

প্রজাবু মতম শাংনা খুদুম চনশিন্দুনা থমবা অমদি প্রজাগী নিংতম্ববু থিংজিন্দুনা থম্বনা ফত্তবা কোংগায থোকহর্নাখ। খাইদগী ফত্তবদি ধর্ম্মগী মতাংদা ওইবা য়াই, হাযবদি প্রজাগী শাজৎ লিচত্তা থিহনবা লোয়ননা থৌনা লিংজেন মাংহনর্বানি। মসি পূম্বা অচুম্বা রাফম ওইববসু তশেংনা অচুম্বা থিজিনবদা লুনা থোকই। জাত্তি অমগী শেম্বুমগী ফীভম হম্ববকপগী মবম াথজিনবা, মবী-মখোং লিবদি থোয়না হেন্না লাইনা থোকই, ভাবত্তা শান্নবিবা বৃটিশকী শেম্বুমগী পোলিসি ঐখোযনা হঙ্গুনা য়েংলবদি ভাবত্তা লৈবিবা প্রজাশিংগী অনংবা অব্রাবসি মসিগী চেনবা য়াদ্রবা ফর্লানি। লাইববা অনংবা অসিগী মবমদা ঙকনিংঙাই ওইবা রাখলনা লাম্বা ফংলোইদবা কবিমতা লৈতে। মসিগী মবম ঐখোযনা উবা ঙমই লোযননা হৌজিক ওইবিবা অবস্থা উব ঙমই লোয়ননা হৌজিক ওইবিবা অসি যৌহনখিবা পবম অদু ঐখোয়না খোংগুল লিদুনা পুথোকপা ঙমই।

# তরেৎশুবা পন্দুপ

## মরিশুবা তাংকক

## অহানবমক্তদা ভারতনা রাজনিতি অমসুং অর্থনিতিদা অতোপ্পা লৈবাক্কী শরুক য়াবা

ভারত্তা বৃটিশনা শাসন তৌবা অসি, লান্দারকপা অতৈগা নত্রগা রাজনিতি অমদি অর্থনিতিদা হোংলকপগা চাংদম্নবা য়াদবা, মপুংফাববা ৱাবীগী শক্তম অর্মান। ভারতকী সীম্না মনুংদা খুন্দাপ্রবা, অমদি মশামক ভারতকী শরুক অমা ওইনা তিনশিনপ্রবা লান্দাবা কয়ানা ভারত অসি জয় তৌখ্রবনি হান্ননা। (রোমানশিংনা ইংলণ্ডবু মাঙ্গুশিংনা চীনাবু জয় তৌখিবগুম্না)। ভাবতকী নিংতম্না মাংখিবা লৈতে, ভারতপু পুনায় শিংদা চলহনখিদে। হায়বদি ভারতকী মপান্দা শাসনগী মরূ লৈবা বাজনিতি অমদি ধর্মনিতিগী মখাদা ভাবতসু কৈনৌনুংদা চিংশিনবা তৌখিদে, হৌরকপদা অমদি মশাগী ওইবা ফীবমদা হোংবা লৈতনা মরূপ ওইবা অমদি মরূপ ওইনা লৈবা কনাগুম্না শাসন কর্ত্তা অমগী মখাপোন্দুনা কদৌঙৈদা লৈখিদে।*

ভাবতকী মপান্দগী লাকপা নত্রগা ভারত্তা লৈবা মহৌশা লৈবম্না লৈঙাক খুৰ্জ্জি পায়বা কাংবু খুদিংমক্না ভাবতকী মশাগী লৈজবা সমাজ অমসুং অর্থনিতি পুন্সিগী অমতা ওইবা ফীবেপ ফীদম কায়দনা ঙাক্রমই; লোয়ননা মদুদা চুশিন্নবা ঙম্বা মখৈ হোৎনরম্মী। অসুম্না ঙম্নমক ভাবত মশাগী ওইহল্লমই লৈবাক অসিগী লৈশাদা চেৎনা মরা তাহনখি। নৌনা লৈঙাক খুৰ্জ্জি পায়বশিংদি পুমতোং তোংঙাল্লি, মখোয়গী ওইবদু মফমপুম্বদা লেংদনা থমই; মখোযগা ভারত মচা খুদিংগা, অনিগী মবক্তা, মেনশনবা তাইশিন্নবা য়াদ্রবা পাকলবা অহাংবা অমা লৈ — মদুদি চৎনবী, শাজৎ, আয়ন অমসুং য়ুম্বান কৈবান্দা পুমখেৎ খেৎনৈ। ভারত্তা য়েনহৌঙৈদা লৈবম্না বৃটিশকী মীশিংনা ইংলণ্ডগা মবী তৎনখিবনা ভাবতকী য়ুম্বান কৈবান্দা হৈননা লৈখি। তৌইগুম্বসুং মদু অদুক তৌবা হায়দুনি (শাবনি); ইংলণ্ড অমসুং ভারত লৈবাক অনিগী মবক্তা চখোক -চৎশিন খুদোং চাবকপগা লোয়ননা ভারত্তা লৈবা হৈনবগী চাং খজিক খজিক থাদোক্লখি। তোপ্না, তোঙান্না ভারতমচাগা তিন্নদনা লৈদুনা অমদি খ্বাইদগী মকোক থোংবা পৃথিবীদা লৈবিবা য়ুম্বানগী খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা থাক্তা লৈদুনা, সাসনগী থবক তৌবা বৃটিশনা, ইজৎ ঙাক্না ভাবত্তা লৈগদবনি হায়বসি খংনবমই। সংসার অনি থোক্লমই; অমনা সাহবকী সংসাব অতোপ্পা অমনা ভারতমচা কোটি কয়াগী সংসার; অমগা অমগা খেৎনবা মান্নদবা নত্তনা অনিগী মবক্তা মান্নবা করিমতা লৈবমদে। মহৌশাদি জাত্তি অমনা অতোপ্পা জাত্তি অমদা তিনশিল্লমই নত্রগা অমগা অমগা থোং মান্নবা মশেনসু অমতা ওইশিন্নবমখৈ তিন্নখি। জাত্তি মশেন যান্দুনা অমতা ওইনা পুনশিন্নবু হৌজিক মতমদা খ্বাইনা শক্তি পায়বা শাসন পায়বা কাংবুগীদি মখোযনা তৌনিংবা তৌবদা অথিংবা অকনবা করিমতা লৈবমদে।

অনৌবা শেঙ্গাও পায়বা শেমগৎপা, পৃথিবীদা লৈবা কৈথেল্লা, থৌদোক খুদিংদা, ভারতকী শেম্মুমগী ফীবম কায়হল্লি। কুইনা চৎনরকপা মতুংইন্না, তোঙান তোঙানবা থবক্কী মতুংইন্না, তোঙান তোঙানবা কাংলুপ খাইদোক্নুনা, মশানা হোৎনজবনা মতোমতা লেপচবা ঙম্বা খুঞ্জা কাংলুপ্না হান্না চথজরম্বা মওংদা চথবা ঙম্নমদে। তৌইগুম্বসুং থোক্লকইবা অহোংবসি চৎনবী চাওখৎ-খোংথাং নৎলমদে, ভারত সমাজগী য়েলহৌঙৈদগী লৈজরকপা ফীবম অমদি শেম্মুমগী হান্নদগী লৈজরকপা অবস্থা পুমবা, মসিনা লোয়না মাংহনখি। সমাজ মনুংদা য়ানজরম্বা অমদি ঙাকচরমবা, প্রজাশিংগী লৈজবা খুৎথাং লৈনা চথজরকপা কলচর শরুক অমা ওইবা, থৌরম পরেং অদু নম-হাদুনা হোংহনগ্রে অদুগা সমাজ অসিগা মরী লৈনদবা

মপানগী কাংলুপ্পা অতোপ্পা থৌরম পরেং অমা ওইনা চৎহনবীরে; অসিগুম্বা তোঙানবা মওংবু ভারত্তা নমদুনা চৎনহল্লে। পৃথিৱীগী মার্কেত্তা ভারতকী মফম লৈহনবীদ্রে তৌইগুম্বসুং বৃটিশকী মশাগী শেমগৎ শাগৎপগী লমদা লোয়লম অমসুং লৌউ-শিংউবগী শরুক অমা ওইনা থম্বীরে।

ভারত্তা শেঙ্গুমগী হৌফম য়ুম্ফম ওইনা মহৌশাদগী লৈজরকপা খুঙ্গংগী খুঞ্জাশিংবু তোঙান তাহনবীরে লোয়ননা মখোয়গী শেঙ্গুম অমদি লৈঙাকলোন লৈজরম্বদু মাংহনবীরে। তত্তনা হায়নবা ৱাহৈদা হায়রিবা খুঞ্জা কাংলুপ অসিবু ১৮৩০ দা ভারত্তা লৈরম্বা বৃটিশ অফিসারশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী তৌবঙম্বা অফিসার স্যার চাল্‌স মেটকালফনা অসুম্না শক্ষ তাক্লমই; "খুঞ্জা কাংলুপশিং অসি মশাগী তৌবঙম্বা শক্তি লৈজদবা অদুম্নদি ওইরগা মশাগী দরকার ওইবা পোৎ পুম্নমক মখুত্তা থোকপা কাংলুপশিং; মপান লমদমগী মীশিংগা মখোয়গা করিগুম্বা মখলগী মরী অমতা লৈনরমদে। অতৈনা লোয়শিল্লক্লবদা মখোয়দি ইলেংলেংদবগুম তৌরমই। খুঞ্জা কাংলুপশিংগী অপুনবনা তোঙান তোঙানবা অপীকপা ষ্টেট মচা অমমম ওইনা শেমজদুনা, অৱাংবা থাক্তা, মরা তপ্পা ইংনা পানবা ঙমই, নিংতম্বা অমসুং মনিংমখা তম্বগী অচৌবা শরুক মখোয়গী ওইজবা ঙম্নমই।

খুঙ্গংগী খুৎশাহৈবা কল-কারখানা মুখৎপদি মখোয়দা কল্লবা চৈফু অমা ওইরমই। খুৎশা হৈবগী থবক অমদি লৌশিং উবগী থবক অনিগী মান্ননা চত্থরম্বা চাং অদু থুগাযখি (মথক মখা ওলহনখি) মহৌশাদগী লৈজরক্লবা থবক শিঙ্গোকদুনা মাগী মাগী কাংলুপকী তোঙান তোঙানবা থবক তৌনরম্বা অদু মুখৎখি, থবক তৌফম খংদদুনা কোইঙাওনরবা মশিং লাকঙমদ্রবা মীশিংবু ময়াম পুন্না শুমিন্নবা করিগুম্না মখলগী থবক্তা শিজিনবা অরায়বা ওইরমদে। লৌ-ইংখোল, লমগী মপুং ওইজরম্বা অদু ককথক্তুনা জমিদারিগী নিয়ম পুশিল্লকপা চৎনহল্লম্বা অদুনা হান্নদগী হেন্না কল্লবা অপান্ননা য়ৈবা চৈফু অমা ওইহল্লমই। লম অমদি লমদুদগী থোকপা মঁহে মরোংগীদি লায়রদুনা নিয়ম অসিনা (জমিদারি-নিয়াম্না) মীয়াম্বু মী অমতগী মীনায় ওইহল্লমই। মসিবু মপুংফানা মঁহে চাখৎতনা মখোয়না খংজবা মরম মতুংইন্না ৱাখল তৌনা থবক লৌখক্তুনা ইংরেজি জমিদারি কাংবুগী মহুৎ মশামক্লা শিন্দুনা বৃটিশ গভর্ণরশিংনা ইংলণ্ডগীগা খজিক মান্নবা জমিদারি সিষ্টেম ভারত্তা পুশিল্লকখি। অহানবমক্তদা মতম খরগীদমক মখোয়না খাজনা থৌবা লৌমী হাপলমই হায়বদি লৌগী খাজনা নত্রগা লমগী খাজনা (লৌখক্তুনা) খোমগক্তুনা সরকারদা মদু পীখৎনবা দায়ি পুবা মীশিং হাপলমই। মমৈথংদা অসুম্না খাজনা খোমগৎপা লৌমীশিং অসি জমিদার ঙাক ওইখি। খুঞ্জা কাংলুপশিংনা মাগী মাগী লম অমদি লমগী পোৎথোক্কী মপুং ওইজবা ঙমখিদে; লম অমদি পোথোকপু খুদুম চন্না শিঞ্জবা ঙমখিদে; মখোয়না মরুওইনা মথাৱাই তানা খঞ্জরম্বা, মখোয়না হোৎনজরম্বা পুম্না হৌজিক নৌনা হাপলকপা জমিদারশিংগী মশা মশাগী সম্পতি ওইখি। খুঞ্জা কাংবুনা পুন্না হিংমিন্নরম্বা অমদি অমতা ওইনা লৈনরম্বা ফজরবা লমচৎ শাজৎ মাংহনখি। মীয়াম অমগা অমগা মতেং পাংনরম্বা, ময়াম অমতা ওইনা থবক তৌমীন্নরম্বা পুম্বা খজিক খজিক মাংথরকখি।

লম-তু-সম্পত্তিগী মতাং পুথোরকইবা মওং অসিনা, শেঙ্গুমগী মতাংদা অচৌবা অহোংবা অমা পুরকপদা নত্তনা, মীয়াম পুনশিনবা, অপুনবা সমাজগী শেমগৎ শাগৎপদা, ভারত অপুম্বগী হান্না লৈজরম্বা ৱাখলদা মনুংফত্তনা য়ৈশিন্দুনা অমাংবা থোকহল্লি। লমগী মপুনি হায়দুনা অনৌবা কাংবু অমা থোরকলে; অনৌবা কাংবু অসি বৃটিশ সরকারনা শেমগৎপনি লোয়ননা পাক্লা শন্না মশক তাকলবনি। হান্না লৈরম্বা অরিবা মওং মুখৎপনা অনৌবা থৌদোক অমা থোকহল্লে; মসিদগী হিন্দু-পাঙঙনগী মতাং অমা নৌনা থোকহল্লে। পার্মনেন্ট সেটলমেন্ট হায়না খংনবা নিয়ম মখাদা অচৌবা লম-মপু কয়া'মা থর্মজিন্দুন বেঙ্গল অমসুং বিহারদা ইহান হান্না জমিদারি সিষ্টেম হৌদোকখি। লমগী পীফমথোকপা খাজনা লেপ্পগা লৌখৎপা ঙমদবনা নিয়ম অসি সরকারদা কাননবা করিমতা ফংদ্রে হায়বা কাইনথংদা খংনরকখি। ভারতকী অতৈ অতোপ্পা মফমশিংদা মতম খরা খরদগী ওইনা অককনবা মতমগীদমক নৌনা লম পীবা হৌখি; লোয়ননা মতম মতমগী ওইনা খাজনা লৌখৎপা হৌখি। প্রদেশ খরদা লৌমী কাংবু খরবু লম মপু ওইহনখি। খাজনা লৌখৎনবা অকনবা থবক পায়খৎলকখি; মরুওইনা বেঙ্গল অমদি হান্না লমগী মপু ওইরম্বা কাংবু মুখৎখিবা মফমশিংদা হায়রিবা অকনবা থবক অসি লৌখৎখী; শেন লৈবা লল্লোন ইতিক তৌবা অনৌবা মীওই কয়ানা মহৌশাগী লম্মপু ওইজরম্বা কাংবুগী মহুৎশিনখি। অসুম তৌদুনা বেঙ্গলনা ইহান হান্না হিন্দু জমিদারগী প্রদেশ ওইখি অদুগা হিন্দু-পাঙন কয়ামনা, মরুওইনা, লৌমী ওইখি।

মশীং লাকওমদ্রবা লৌমীগী মরী লৈনবদগী মীওই খরদগী মরী লৈননা থবক তৌমীন্নবগা খোয়না লায়না থোকপনা মখোয়গী ইংলণ্ডগী চৎনবী নিয়ম মতুংইন্না অচৌবা জমিদার খরতমক বৃটিশনা হাপখি। মখোয়গী খুজিন অসি হেক য়ারিবর্মখে খাজনাগী মওংদা খোমজিনবা য়াবমখে শেন খোমজিন্নবা খুজিন থৌরাংনি। লম-মপু অমনা হায়নখিবা মতমদা শেন পীবা ওমদ্রবদি মহাকপু খুদক্তা লৌথোকলগা মহাক্কী মহুত্তা অতোপ্পা মী অমা হাপচিল্লি। বৃটিশনা য়াবা মীওই কাংবু অমা শেমগত্তুনা থম্বা দরকার ওই হায়নসু খন্নরমই। লানহৌরকপগী অকীবা ব্রাখল, ভারত্তা লৈবা বৃটিশ অফিসারশিংগী মপুক্কিংদা পোক্লমদবা নত্তে। মসিগী মতাংদা তোয়না মখোয়না মখোয়গী খবরদা ইরমই। ১৮২৯ দা গভর্ণনব জেনেরেল লর্ড উইলিয়ম বোণ্টিস্কনা হায়রমইঃ " মীয়াম প্রজানা অমত ওইনা ইরাং হৌরকপদা নত্রগা লানহৌরকপদা মতিক চানা ঙাকশেনবা ঙল্লকক্তবদি ঐহাক্না হায়গনি মদুদি হীরম খরদা (মতাং খরদা) পার্মেনেন্ট সেটলমেন্টনা অশোয়বা ওইরবসু বৃটিশ সরকারনা শাংথনা লৈহননিংবা ইনাক খুনবা লমগী মপু মশীং য়ামখৎহন্নবা অমদি মীয়ামগী মথক্তা মপুংফানা ব্রায়েন থৌদাবগী খুদোংচাবা অদুতংদদি পার্মেনেন্ট সেটলমেন্টনা পুথোক্কনি।

বৃটিশ সরকারনা মতম নুংশাংনা পান্নবগী খুদোংচাবা কান্নবনা অমদি আইননা, চেৎনা ফাজিনবা য়াবা মখোয়গী চেৎশিলহল্লবা বৃটিশকী আইন-কানুন শেমখি। জমিদারি কয়া'মা অমদি নিংথৌ কয়া'মা লৈরমই, সরকারগী তোঙানবা ডিপার্টমেন্টতা পোটওয়ারি, খুনগী লুচিংবা অমদি মথক থোংবা মীওই কয়া'মা অমদি মখোয়গী মীখা থোংবা মশীং লাকওমদ্রবা মীওই কয়া'মসু লৈবমই। লৌরুশং অমসুং থানা অসিন অসি সরকারগী মরুওইবা লোইশং ওইরম্মী। ডিষ্ট্রিক খুদিংদা হায়রিবা লোইশং অনি অসিগী মকোক্তি কলেক্টর নত্রগা ডিষ্ট্রিক মাজিষ্ট্রেটনা ওইরমই; মহাক্না সাসনগী চৈঙাক ওইরমই। ডিষ্ট্রিক খুদিংদা (Excutive, Judicieary, revenuece অমসুং padies) সাশনগী থবক পাংথোকপা বিচার তৌবা, খাজনা খোমগৎপা অমসুং পুলিশকী থবক পূম্নমক মীওই অসিতনা পুন্না তৌদুনা, মশামক তৌনিংবা থবক তৌবা মনিং তম্বা অফিসার ওইরমই। মহাক্না মনিংতৌনা শাসন তৌবা লমদা পাকশন্নবা অপীকপা ভাবতকী ষ্টে কবিগুম্বা লৈরম্নবদি মহাক্না লম অদুদা বৃটিশকী এজেন্টসু ওইরমই।

মতম অদুদা ভারতকী লাম্মী লৈরমই; বৃটিশ অমদি ভারতকী লাম্মী য়াওরমই; অফিসার মখোদি ইংলিস মীওই ঙাক্লা ওইরমই। ১৮৫৭ তা থোকখিবা সিফাই লানহৌ মতুংদা মকওইনা য়াম্না থুনা লাম্মী তেঙ্গোল নিংথিনা নিয়ম মখাদা শিল্লাংদুনা থমখি; ইকুই কুইদনা বৃটিশ লাম্মীগা মরী লৈনহনখি। খেৎনবা লৈরম্বা পুম্বা খেৎনদনবা লাম্মীবু নিংথিনা শেমখি; মকওইবা মফমশিংদা বৃটিশ লাম্মী ঙাক থমখি।" মতিক চানা ইউরোপীয়ান লাম্মীবু নিংথিনা শিনজিল্লবা মতুংদা লম লমদুগী ঙাকশেন্না লম অদুগী লাম্মী মফমচানা শিনজিনগনি" অসুম্না ইরমই ১৮৫৮ দা শেমগৎ শাগৎপগী মতাংদ ইবস্না অফিসকী পিবোর্টতা। লাম্মীশিং অসে অহানবা শেমগৎলকপদা লাম্মীগী মথৌ নিংথিনা খংহনবা তাবমই; মখোয় অদুদী 'Internal Excurity Troups' কৌরমই; মসিগী মনুংদা অয়াম্বদি বৃটিশনি। ঙর্মখৈদা লৈবা প্রদেশতা বৃটিশ লাম্মীগী তম্ফম ওইরমই; অদুগা খবচতি ভারতনা পুরমই। ফিল্ড আর্মি (মরুওইনা ভারতমচা ঙাক ওইবা) অসি ভারতকী মপান্দা শীজিন্নবা ঙাক ওইনা তৌরমই; ভাবতকী ব্রাংমদা লৈবা বৃটিশ সম্রাজগী লমদম কয়াদা থোকপা লানফমদা মখোয়না শকক যারমই; মদুদা চংবা খরচতি ভাবতনা পুরমই। ভারতমচাগী লাম্মীবু ভারত্তা লৈবা মীশিংগা তিন্ন-তোৎনদনা তোঙাননা থম্নবা হোৎনবমই।

ভারতপু লৌথিবগী খরচ, ইষ্ট ইণ্ডিয়া, কম্পনি ওইরম্বদগী বৃটিশ ক্রাউন ওন্থোকখিবগী খবচ, ব্রাহ্মণ অমদি অতৈ লম তান্না বৃটিশ সম্রাজ শন্দোকখিবগী খরচ, আফ্রিকা পার্শিয়ানচিংবা লৈবাকশিংদা লান্দাকবগী খরচ অমদি ভারতমচাশিংগী মখুত্তগী ভারত কন্নবা ঙাকথোকনবা খরচ হায়রিবা খরচ পুম্বসি ভাবতনা পুবা তাখিরমই। অমুক লম্মন শিংলকপা তৌদনা (বৃটিশ) সম্রাজ লিংখৎনবগীদমক ভারতনা য়ুম্ফম ওইবদা নত্তনা ইংলণ্ডদা বৃটিশ লাম্মী থম্বগীদমকসু ভারতনা খরচ পীবা তাখি; মসিবু "কেপিটেসন" (থৌদোক খুদিংগী মান্নবা চাংদা লৌবা) চার্জ্জ হায়না খংনরমই। বৃটিশনা পীফম থোকপা মখল খুদিংগী খরচ হায়বদি বৃটিশ ডিপ্লেনেট শান্নবা কাংবুগী খরচ, চীনা অমসুং পার্শিয়াদা লৈবা মখোয়গী রাজদুতশিংগী খরচ, ইংলণ্ডদগী ভারত তম্না তিংলিবা টেলিগ্রাফ মরীমক খরচ, ভূমধ্য সাগরদা থমইবা বৃটিশ জহাজ মপৈগি খরচকী শরুক অমা, ইংলণ্ডদা টর্কীগী সুলতান লাকপদা ওকপগী অচংবা খরচ ফাওবা-ভারতনা পীবা তারমই।

চিংনবা লৈতনা পান্নরবা দবকাব লৈববা বেল লম্বী ভাবত্তা শেন্নদা কা হেন্না মাংনতাক্লবগী মওংদা শিনখি। থাদবকপা শেন্থুমগী চাদা ৫ শেন্দোই কাবগী হিংদা ভাবত সবকাবনা য়াখি অদুগা দবকাব কয়া য়াম্না ওইবগে হাযবদু এষ্টিমেট তৌদুনা যেংবসু তৌদে নত্রগা চেক তৌবগী দবকাবসু লৈবমদে। ইংলণ্ডদগী ওম্নমক লৈবমই।

সবকাবগী অফিসাবশিংগী চাদিং তৌবদা খুৎচাও থাবমই কা হেন্না খবচ তৌবমই; তলব চাওনা পীবা ফম মখৈ ইউবোপীয়ানশিংগী উবোংখিন্দুনা থনমই। লৈবাক ওাকপা শাসনগী থবক ভাবত্তা লৈবা মীদা শীন্নথোকপগী খোংচৎ য়াম্না তপলমই মদুমক কুনশুবা খৃষ্টাব্দদা উবা ফংনবমই। ভাবত মচাশিংগী মখুত্তা কবিগুম্না মখলগী শক্তি শীন্নগদবা লম শাংনা লৈখ্রবা নিয়ম খোংচৎ অসিনা বৃটিশকী কল নিযম্বু থোযনা হেন্না কনখৎহনবা নিযম ওইখি। মকওইবা ফম মখৈদি বৃটিশকী মীওইবশিংগী মখুত্তা অদুম মবৈখি, অদুগা শাসনগী থৌবমদা ভাবতমচাশিংনা বৃটিশকী আইন কলগী এজেন্ট ওইনা (বৃটিশ আইনগী মখাপোন্না আইন নিয়ম চৎপা কাংবু ওইনা) মথৌ পাংথোকপা তাখি।

নিযমশিং অসিদা, বৃটিশনা শাসন তৌবিঙে মতম পুন্নদা চৎনবম্না, তপ্পা ৱাখল তৌন-তৌনা শিজিন্নবম্না পোলিসি অদুসু হাপচিনগদবনি; পোলিসি অসিগী মতুংইন্না ভাবত মচাশিংবু কাংলুপ কযামকম থোক্লা তোখায় তোখায় তাহল্লমই, কংবু অমবু শীথবগা অতোপ্পা কাংবু অমবু স্বর্গ যৌনা থাঙ্গত্তুনা পুক্লিং থৌগৎলমই। মখোয়গী শাসন অহানবা হৌবকপা মতমদগী হৌনা পোলিসি'সি ইফোং ফোংনা শীজিন্নবক্লবনি; সম্রাজ অমগী শক্তি পায়বা খুদিংনা অসিগুম্না পোলিসি শান্নবসি তশেংনমক তৌফম থোকপা মশানা তাবনি। মজাত্তি নুংশিবা কাংবুনা অন্দোলন হৌবকপগা লোয়ননা পোলিসি অসি হেন্না লুশিনবা হেন্না খুদোংথিবা শক্তম অমা ওল্লকখি, মসিবু যানিংদ্রবসু হান্নদগী হেন্না থোইনা চেৎশিন্না চত্থবর্কখি।

বৃটিশনা শাসন তৌবিঙে মতমদা ওসি ঐখোযনা মাযোক্লবিবা মকওইবা প্রোব্লেম নিংতম্না হৌখি, বৃটিশ পোলিসি অদুগী মহৈনা খুদক্তা নিংথৌমচাশিংগী পেব্লেম, অপীকপা জাত্তিগী প্রোব্লেম, মপান্দা অমদি ভাবত্তা থোকইবা তোঙান তোঙানবা অপাম্বগী প্রোব্লেম, ইন্দষ্ট্রি লৈতবা লৌউ শিং উববু থৌশাদবগী প্রোব্লেম, সমাজগী থৌদোক কযাদা য়াম্না হন্দনা লৈবা কাংবুগী প্রোব্লেম পুন্নমক্কী মথক্তা প্রজাশিংনা মাযোক্লবিবা কা হেন্না নংথবগী প্রোব্লেম থোকখি। মহৈ তম্বীবগী (লাইবিক মর্তাম্বিগী) মওংনা মসিপুম্না চপচানা উৎলবনি। কাহেনা ইবা Life of Metcholfe তা অসুম্না হায়বি " অথিংবা লৈতনা ওান চোযজাইহনবগী অকীবনা হেঞ্জিন্না হাযবা লাযনা ওইবম্মী লেপ্পা লৈতনা মসিনা সবকাবগী মেম্ববশিংগী মপুক্লিং অমদি হকচাংদা অৱাবা পোকহল্লমই লোয়ননা পুক্লিং হকচাং শোন্দবনা নুংথিন্দা অৱাবা মং মংহল্লে আহিংদা মঙাক্লহল্লে, মতাং অসিদা ছাপাখানাদগী থোবকপা অমদি বাইবলগী বাখলগী মঙান মশেক্লা উন্দা পকপা লৌথোকপা যাদবা লাইনা ওইহল্লে লোয়ননা মদুনা অকীবা পোকহন্দুনা মকোক্কী মশম চপ চপ যুংহল্লে। মতম অদুদা ভাবত্ত লৈবা মীশিংবু খমথেংনা চাওখত্তবা পৃথিবীগী মীশিংনা শকখংদবা মওংদা থম্বনা মখোযগী পোলিসিনি অদুগা লোযন-লোয়ননা ভাবত্তা লৈবা মীশিংনা মশাগী মবুধিনা নত্রগা মনিংতম্না ষ্টেটকী ওইনা জ্ঞানগী মঙান ফংনবা হোৎনবা পুম্না য়ান্না কন্না মাযোক্ যাবম্মী অমসুং কন্না থিংলমই।" *

নিংথৌপানবা সম্রাজ অমা ওইনা অসুম্না থবক চত্থবা তাবনি নত্রগদি সম্রাজ অমা ওইবা তোকপা গাবনি। মতম অমদা মমাংঙৈদা খংনবমদবা শেন তানবদা নমহাবা মখল কয়াগী পাম্বৈ, শেন পাম্বা নিংথৌগী শাজৎ হৌজিক মতমগী লৈঙাকলোন্দা হাপচিনবা তাবনি। তবামাপল শুবা খৃষ্টাব্দদা ভাবতা চৎনবম্না বৃটিশ কলগী বেকর্ডনা, তৌদবা যাদবা মওংদা ভাবত মচাশিংবু নমথদুনা থনমই লোয়ননা শাওহল্লমই, অদুম অদুম ওইনমক ঐখোয়গী অশোনবা অমদি অমগা অমগা উন্নবা য়াদবা অমসুং খুদোংচাবা য়াবিবমখৈ লৌনবা লাক্লদুনা হীবম কযাদা বৃটিশনা মকোক থোংহন্নবা হোৎনবদা হিদোংলমই হাযবসি মযেক শেংনা উৎলি। মতমগী খোংজৈ মতুংইন্না তৃংদা শোথহৌববা অমদি শোল্লবা মীশিংনা খুদোংথিবা অৱাববু কৌশিনজবী মদুনা মমৈথংদা মশান মশাবু অবানবা শিজবনি। ফীবমসিগী মতুংইন্না বৃটিশ সম্রাজগী থবক থৌশিন অসি, ওইবকইবা সম্রাজসিনা ফংলিবা ফল্লকফলগা লোযননা, থোকইবা থৌদৌক কয়াগী মশানা ওইজবকপা মওংদা মতোমতা ওইবকপনি হায়না খন্দোকলবদি মসিগা মাযোক্লবকইবসি মশানা শোয়দনা তাজবনি লোয়ননা অনিগী মবক্তা অমগা অমগা য়ানদবা অরোয়বা মুক্লবা থোবকপা মশানা তাজবনি।

# তরেৎশুবা পন্দুপ

## মঙাশুবা তাংকক

# ভারত্তা লৈবা ষ্টেটশিংগী ফীবম

ঙসিমক ভারতকী ওইনা লৈবিবা অচৌবা প্রোব্লেমদি নিংথৌশিং নত্রগা নিংথৌপানবা ষ্টেটশিংগী প্রোব্লেমনি। পৃথিবীগী মনুংদা মখোয়গী জাৎ (মখল) অসি খ্বাইদগী মান্নদ্রবা নাইতোম তাবা ষ্টেটনি; পাকচাওবদা, বাজনিতিদা, সমাজগী ফীবমদা, মখোয় অসিগা থৌনা খেৎনৈ। মখোয়গী মশীং ৬০১ নি। ষ্টেটশিং অসিগী মনুংদা তবামখারোমদি অচৌবা ষ্টেটনি হায়না শীংথাবা য়াই; অচৌবা ষ্টেটশিংসিগী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবা ষ্টেটশিংদি হায়দ্রবাদ, কশ্মীব, মহীশুব, ত্রিবাঙ্কুব, ববোডা, খ্বালীয়র, ইন্দোর, কোচিন, জয়পুব, মদপুর, বিকানির, ভোপাল অমসুং পটিয়ালনি। মাগী মখাদা ময়াই ওইনা চাওবা ষ্টেট কয়ামরুম লৈরি অদুগা অরোইবদা য়াম্না পীকপ্রবা খবনা মেপতা পিন অমগী মতোন্দগী হেন্না চাওদবা লমগী ওইবা ষ্টেট চা কয়া অমা লৈরি। হায়রিবা পীকপ্রবা ষ্টেট অয়াম্বদি কাঠিয়াওব্বাব, নোংচুপ ভারত অমদি পঞ্জাবতা লৈ।

ফ্রান্স লম্মুক চাওবদগী সাধারণ লৌমী অমগী লৈজবা য়াবা অককনবা লৌফম্মুক্তা পীকপা ফাওবা খেৎনবগুম্না হায়রিবা ষ্টেটশিং অসিগী লম খেৎনবতা নত্তনা অতৈ হীরম কয়া'মদসু ষ্টেটশিং অসি অমগা অমগা খেৎনৈ। মহীশুবদি খুৎশাহৈবদা কল কারখানাদা খ্বাইদগী হেন্ন খুমাং চাওশিল্লি। বৃটিশ ভাবতকী মনুংদা মহীশুব, ত্রিবাঙ্কুব অমসুং কোচিনদি লাইরিক হৈবদা খ্বাইগী মাংজিন থাই।* অদুম্নদি ওইবগা ষ্টেট অয়াম্বদি য়াম্না হন্দুনা লৈবি লোয়ননা ষ্টেট খবদি জমিদাবীগী ফীবমদা মপুংফানা লৈরি। মখোয় অয়াম্বদি অকন-অথৌ অমতগী কুশি মখাদা লৈ, খবমখৈনা মীখল তৌদুনা কাউন্সিল শেমলম্বসু চেকশিন্না অককনবা শক্তিতমক পী। হায়দাববাদ লুচিংলিবা ষ্টেটনি, প্রজানা নিংতম্ববু শুকয়া যাদবা জমিদাবী নিয়মগী ফীবমদা লৈবা লৈবাক লমদমনি। বাজপুটনা অমদি পঞ্জাবতা লৈবা ষ্টেট অয়াম্বসু অদুমঙাই। প্রজাগী নিংতম্বা পামদবসি ষ্টেটশিংগী অমতা ওইনা মান্নবা পান্দমনি।

ষ্টেটশিং অসি মফম অমদা পুন্না অমতা ওইনা লৈবা নত্তে, ভারতবর্ষগী মফম শিনবা থুংনা লৈ, ষ্টেট নত্তবা লমদমদনা কোয়শিন্বা ইথৎকুম লৈ। ষ্টেটশিং অসিগী পাকশন্না লৈপ্রবা প্রজা অয়াম্বনা শেম্বুমগী মতাংদা খরমখৈ ফাওবা নিংতম্নবা হোৎনজবা ফাওবা ঙমজদে; মখোয়গী অকোয়বদা লৈবিবা লমদমগী সহায়-ইপায় মপুং ওইনা লৌদ্রবদি মখোযগী মবক্তা লৈরিবা খ্বাইদগী চাওবা ষ্টেটশিং ফাওবা অসুম তৌগে হায়না খঞ্জবা ফাওবা ঙমজদে। শেম্বুমগী মতাংদা ষ্টেট অমগা ভাবতকী ষ্টেট নত্তবা লম অমগা করিগুম্বদা খৎনরবদি ষ্টেটতা কারকপা খাজনাগী পঞ্জাওনা অমদি অতৈ শেন লাকপা যাবা লম্বী কয়ানা ইবাই লায়না ষ্টেটপুদি লৌশনহনবা য়াই। রাজনিতি অমদি অর্থনিতিগী মতাংদা ষ্টেটশিং অসি অমদি ষ্টেটশিং অসি মবক্তা খ্বাইদগী চাওববা ষ্টেট ফাওবা তোখায় তোখায় তাথনবা ঙমদে লোয়ননা মনিংতম্না লৈরবা (মরাচেৎনা লৈরবা) ষ্টেটনি হায়না লৌবসু ঙমদে। মসিনা মরম ওইদুনা মখোয়না (ষ্টেটশিং অসিনা) লেংদনা মরা চেৎনা লৈবা ঙমদে, ভারতকী অতৈ শরুকপু য়ামনা অব্বাবা নংই। ভারতকী মফম পুম্বদা মখোয়না মপানগী ওইবা য়েক্কবা ওইরক্কনি; মখোয়গী খুদোংচানবা মখোয়বু ঙাকশেন্নবা মপান লৈবাক্কী শক্তিবু মখোয়না থাজরুরবদি মদুমক্না ভারতকী নিংতম্না ফীবমদা অকায়বা থুগায়বা অমা শাথিনা নুংচংনা থোকহনগনি। তশেংনমক মখোয়সি ঙসিফাওবা লৈরম্নরোইদবনি অদুবু অশেংবমক্তি রাজনিতি ধর্ম্মনিতিগী মতাংদা ষ্টেটশিং অসি য়াওনা ভারত অপুম্বা মখোয়বু ঙাকপা শেনবা মরুওইবা শক্তি অমগী মখাদা লৈরকলি। ষ্টেত অমগা ষ্টেট নত্তবা ভারতকা অনিগী মরক্তা ওইবা য়াবা খৎনবা চৈনবা থোক্কবসু মসিমদি নিশিংবা য়াই মদুদি মনিংমখা তমনিংবা মসিমক্কী প্রজানা

ষ্টেটকী মতোমতা কুশি তৌববা নিংথৌনা অতৎপা লৈতনা তকশিল্লি। মনিং মখা তম্না ফংনবা হোৎনবিবা অসি যৈশিন্দুনা থম্নবা ঙাকথোক্লবা বৃটিশ সবকাবদা মতেং লৌবি।

তবামাপল শুবা খৃষ্টাব্দ ফাওবদা ষ্টেটশিং লৈহল্লিবা অসিমক মতমগা চান্নদ্রবনি। হৌজিক কালগী চৎনবকইবা মচা অসিদা তোঙান তোঙানবা মনিংতম্না লৈবাক তবা কুন থোক্লা ভাবতপু খাযদোক্লবা খন্নবকপসি লাইথোকপা যাবোই লেপ্লা লৈতনা খৎনচৈনবতা নত্তনা প্লান তৌববা অর্থনিতি অমদি কলচবগী চাওখৎপোংথাং ফাওবা চথবা যাবোই। ঐখোযনা নিংশিংবা তাবনি মদুদি তবামাপল শুবা খৃষ্টাব্দ হৌবকপদা ষ্টেট কয়ামকম চোংথোবক্তুনা ইষ্ট ইণ্ডিযা কম্পানিগা যুক্তি পত্র ইনবা মতমদা ইউবোপ অসি পীক্লবা লৈবাক কয়ামকম থোকনা খাযদোক্লমই। লান অমদি লানহৌবা কযানা মতম অদুদগী হৌদুনা ইউবোপকী শক্তমদা অহোংবা পুবকখি, ঙসিফাওবা লেপ্তুনা পুবকলি, তৌইগুম্নসুং ভাবতকী শক্তম্না লেপ্তুনা লৈখিবনা ভাবতপু কীহল্লমই অদুবু থোয়না অহোংবা শক্তম পুবকপা থোকহনবদি ঙমখিদে। য়েক্লবা কমশুব অনিনা নত্রগা মখোযগী লুচিংবা অনিনা লান হেক লোয়বগা খুদক্তা নত্রগা লাংফমদা চহি ১৪০ গী মমাংদা তৌনখিবা সন্ধি পত্র অদু হৌজিক চৎনবদি ওইথোক্তবনি। অদুগা হৌজিক য়ান্নদুনা চত্থনবিবা অসিমক নুমিৎ থানা লৈবিবমখৈ চৎনবমগনি হায়বসু হাযমনবা থোক্লনি। য়ানবিবা অসিদা, ষ্টেটত্তা লৈবিবা প্রজাশিংনা তশেংনা মত পীবগী অধিকাব কবিমতা লৈতে অদুগা অতোপ্পা পাটি হায়বা মশাগী ওইজবা অতোংবা কান্নবা নত্তনা কবিমতা খন্দবা লল্লোনব কাংবুনি। ইষ্ট ইণ্ডিযা কম্পেনি হায়বিবা লল্লোনবা কাংবু অসি বৃটিশ ক্রাউন নত্রগা পার্লিযামেন্টকী মহুৎশিনবা এজেন্ট ওইনা থবক তৌবা নত্তে তৌইগুম্নসুং ইনবিবাসগী মতুংইন্নাদ মশামক্কী তৌবা ঙম্না মপাঙ্গল, শক্তি লৈজদ্রবসু মখোযদগী পাঙ্গল নত্রগা সবকাবগী অয়াবা ফংগান খাল্লবা দিল্লগী নিংথৌবেলগী এজেন্ট ওইনা লল্লোনবা কাংবু অসিনা থবক তৌব। সন্ধি পত্রশিংগী মতাংদা বৃটিশ ক্রাউন নত্রগা পার্লিযামেন্টনা তৌফম থোকপা কবিমতা লৈবমদে। ইষ্ট ইণ্ডিযা কম্পানিনা ইনফম থোকপা অইবা কল নিযম খন্নবগীদমক মবক মবক্তা থাঙ্গৎনবকপা মতমদতা ভাবতকী থবক থৌবমগী মতাংদা পার্লিযামেন্টনা খন্নজবর্তনি। মোগল নিংথৌবেন্না পীবা দেওয়ানি প্রান্টকী শাক্ত মতুংইন্না ভাবত্তা ইষ্ট ইণ্ডিযা কম্পোনিনা থবক তৌজবনি হাযবা অচুম্বা অশেংবা অসিনা তাকপদা বৃটিশ ক্রাউন নত্রগা পার্লিয়ামেন্টন অপান্নবা খুৎ থিংজল্লকপগী (যেৎশিল্লকপদগী) ব্রাংমদা কম্পেনি অসিনা মনিংতৌনা মাগী থবক চথবমই। যান চে অসি অমুক অমুক নৌথোকনবা মতমদা যান চেদা অনৌবা মতাং হাপচিনবা নত্রগা য়ান চে অদু ককখৎপা মখোদনা কাইনা পার্লিযামেন্ট অসিনা তৌবা ঙল্লমই মদুদা পার্লিযামেন্টনা লিংলকপা পান্নকপা মতমদতা তৌবমই। দিল্লদা পান্নখ্রা মসি যাল্লবা নিংথৌবেলগী মখাপোনবা অমদি এজেন্ট ওইনা ইংলিসকী নিংথৌ নত্রগা পার্লিযামেন্টনা ইনবগী লমদা থবক তৌবগী ব্রাখল অসি ইংলণ্ডদা পান্নবমদে মবম অসিনা খন্নবা গাবমখৈ খন্নবগা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পোনিগা মবী লৈনদনা তোপ তোপ্পা লৈবমই। ভাবত্তা শোক্লবা লানগী খবচ (অচংবা শেন) ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পেনিনা ভাবওগী লৌবগা চাদিং তৌবা ভাবতকা শেন ঙাক্লি।

কাইনথংদা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পেনিগী খুৎ চনবা লৈবাক্কী পাকচাওবা এবিয়া হেনগৎলকপগা লোযননা লৈলাকাশ অদুদা চৎনবা কলনা (নিযম্না) মবা চেৎলকপনা ভাবতকী মতাংদা বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টনা পুক্লিং চংশিল্লকপনি। ১৮৫৮ ভাবত্তা থোকখিবা সিফাই লালহৌবগী ত্রমথীববা থৌদোক মতুংদা ভাবতকী লম পুম্না (ভাবতনা পীবা শেনগীদমক) ইষ্ট ইণ্ডিযা কম্পেনিনা বৃটিশ ক্রাউন্দা শীন্নখিবমই। ভাবতকী অতৈ লম যাওদনা ভাবত্তা লৈবা ষ্টেটশিংদমক শান্নখিবা নত্তে। ভাবত অপুম্বু পুন্না অমতা ওইনা লৌবমই; ষ্টেট পুন্নমকপু খুদুম চন্দুনা লাকশিল্লম্না ভাবত সবকাবগী মতেংনা বৃটিশ পার্লিযামেন্টনা ভাবতপু শাসন তৌবমই। বৃটিশ ক্রাউন নত্রগা পার্লিমেন্টকা ষ্টেটশিংগা তোঙান্না শাসনগী মবী লৈনবম্না নত্তে। ভাবত সবকাবনা হকথেংনা নত্রগা নাকোয়নননা মীহুৎশিনবা সবকাবগী শাসন ষ্টেট পুম্না শকক য়াবমই। সবকাব অসিনা পোলিসি হোংনিংলকপা মতমদা চহি কযাগী মতুংদা অবিবা সন্ধি পত্রশিংবু থৌশাবমদে লোযননা ষ্টেট পুম্নগী মাইপাক্লবা মপু ওইনা থবক পায়খৎখি।

অসুম তৌদুনা ভাবত্তা লৈবা ষ্টেটশিংগী মতাংদদি বৃটিশ ক্রাউন অসি লৈঙাক শাসনগী শক্তমদা শুকয়াও য়াওবমদে। চহি খব অসিদতা মখল খবগী নিংতম্নবু ষ্টেটশিং অসিগীদমক্ত দাবী তাল্লকপনি; ভাবত সবকাবদগী তোখাইতানা ষ্টেটশিং

অসিগী বৃটিশ (সবকাব) ক্রাউনগা তোঙানবা মখলগী মবী মরা লৈনবকপনি হায়না মখা তানা দাবী তাক্লকপনি। মসিমকসু খংজিনবা যাই মদূদি সন্ধি পত্র অসি ষ্টেট খবতগা ইনরম্বনি; অসুম্না সন্ধি পত্র ইনবম্বসি ষ্টেট নিফুখক্তনি, অতৈ ষ্টেটশিংগীদি যানবা অমদি সন্দি লৈবমই। হায়বিবা ষ্টেট নিফু অসিগী মীকোক্লা ভাবত্তা লৈবা ষ্টেটশিংগী অপুনবা মীশিংগী শকক মবি থোকপগী অহুম ওইর্গনি। ষ্টেটশিংসিগী মনুংদা ষ্টেট তকক্তি হায়বিবা মীশিং অসিগী শকক অহুম থোকপগী অমা ওইবা হায়না খন্নবা য়াই। *

অহানবা ওইনা ভাবত সবকাব এক্ট ১৯৩৫ তদি ষ্টেটশিং অমদি ভাবতকী লৈহৌবিবা অতৈ লমশিং অসিগা বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টকা অনিগী মবও৷ লৈনবা মবীগী মতাংদা তোপ তোপ্পা মবম খবা উৎলমই। ষ্টেটশিং অসি ভাবত সবকাবগী থৌশিন মখাদা অমদি য়েংশিনবগী লৈঙাক শাসন মখাদা থন্নমদে মখোয়বু যেংশিন্নবগীদমক্তা বৃটিশ কাণ্ডবুগী মহুৎ ওইনা থাবকপা ভাইসবোয়গী হেক মখাদা থনমই। অদুগা হায়বিবা ভাইসবোয় অসিমক মতম অদুদা ভাবত সবকাবগী খ্বাইদগী মকোক ওইবমই। ষ্টেটশিংগীদমক দায়ি পুবিবা, ভাবত সবকাবগী লৈঙাক ব্রায়েল শাসন পুবা বিভাগ অসি ঙসিমক ভাইসবোযগী হেক মখাদা লৈবি মাগী এক্জিক্যুটিভ কাউন্সিলগী মখা মতুংদা লৈখিদ্রে।

ষ্টেটশিং অসি কবম্না লৈবমলিবনো ? খবদি ইনৌ নৌবনি বৃটিশনা শেমগৎখিবনি; অতৈনা মোগল নিংথৌবেনগী নিংথৌশাগৈদগী শমথবকপনি; মখোযগী নিংথৌশিংবু বৃটিশনা মখাপোনবা নিংথৌশিং ওইনা লৈহনখিবনি; অদুগা অতৈ হাযবদি মাবাঠা নিংথৌশিংবুনা বৃটিশ লাম্নীনা মাইথীবা পীদুনা নিংথৌপানবা লৈবাক মচা ওইনা মখোযগী মখা পোনা থমখিবনি। বৃটিশকী শাসন লৌগৎলকপদগী হৌদুনা মখোয়গী মবী মখোং লিবা য়াই; মসিগী মমাংগী ইতিহাস মখোযগী লৈতে। মখোয খবনা মীপান তাংদনা মনিংমখা তম্না কবিগুম্বা মতম খবা লৈবম্লবসু মদু মতম খবতগীনি; অসুম্না মনিংমখা তম্নমবদু লান তৌনবদা নত্রগা লান তাবক্কনি হাযনা কীবদগী, মাংখিবা ঙাক্লি। মশীং যামদবা ষ্টেট খবদি মকওইনা বাজপূতনাদা লৈবিবা ষ্টেটশিংদি মোগলগী মতমগী মমাংদগী লৈবক্লবনি। ত্রিবাঙ্কুবগী থায়ন্দগী, হাযবদি চহি ১,০০০ বোমদগী হেন্না শাংনা চখ্থজবকলবা মশাগী ইতিহাস লৈর্জবি। নাপল কাববা বাজপুত কাংবুনা মখোয়গী কাংবুদি ইতহাসীক লৌত্রিঙৈ মতমদগী লৈবকলবনি হায়বি। উদযপুবগী মহাবানা, মৃধ্যবংশগী, নুমিৎতগী চখ্থবকপা শাগৈগী মহাবানাগী কাংবুদি জপানগী মীকাদোগী কাংবুগা চাংদম্নবি। তৌইগুম্বসুং হার্যাবিবা বাজপুত নিংথৌশিং অসি মোগলগী মখা পোল্লমই, মতুংদা, মাবাঠাগী, মমৈগংদা বৃটিশকী মখা পোন্না লৈবমই। এডৱার্ড থোম্সন্না ইবমই, "ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পেনিনা নিংথৌশিং অসিবু মখোয়না ইতত্তনা ময়োক যাবম্না লৈবাক-ইবাংদগী কনবীদুনা ফীবম চানা শেম্বীবমই। অসুম্না কনবীদুনা শেমগৎপীববা ফাওবদা নিংথৌশিং অসি পৃথিবীনা লৈবকপা হৌবদগী লৈবকপা লৈঙাক শাসন পাযবা অমগুম্না মপুংফানা উপায় লৈজদ্রবা, কাংখ থাংগুম হুন্দোক্লম্বা, নিংথৌ ওইনা লৈবমই। বৃটিশ সবকাবনা মবক খল্লমদ্রবদি বাজপুত ষ্টেটশিংগী মমাংদা মুৎখিবা নত্তনা কবিসু ওইবমলোই লোয়ননা মাবাঠা ষ্টেটশিংগী মমাংদা চোযজাইনবমর্গনি। ওর্উচ অমসুং নিজামগী লৈবাকশিংগুম্না ষ্টেটশিং অসিগীদমক্তদি মখোযনা লৌবিবা অসিমক অফ্বা নত্তে, মখোয অসি লৈতবা য়াদবদগী মখোয়বু ঙাকশেনবীবা অকনবা শক্তিনা মখোযদা পাঙ্গল হাপ্পীবদগী অদুক লৈবর্তনি। *

ঙসিমক খ্বাইদগী মকোক ওইনা লৈবিবা হায়দ্রবাদ অসি অহানবা ষ্টেট হেক ওইবকপা মতমদা লমসিগী পাকচাওবসি পীশক পীক্লমই। বৃটিশ অমদি মাবাঠাগা শোক্লবা লানফমদা, টিপুব মাইথীবা পীববা মতুংদা ষ্টেট অসিগী সীমনা অনিমক হেন্না চাওথোকহনখ্রবনি। বৃটিশনা পানবা হৌবকপদা মখোয়গী মখা পোন্না নিজামনা লৈগনি হাযনা যানখিবা মতুংইন্না লৈবাক অসি চাওথোক্লবা অতৈ লম খবা হাপচিনখিবনি। তশেংনমক টিপুবু মাইথিবা পীবগা মহাক্কী লম অদুগী শকক খবা মাবাঠাগী লুচিংবা, পেশৱাদা ইহান হান্না পীথোকপা যাবনি অদুবু অদুগুম্বা পোম্বাদা লম লৌশিনবসি মহাক্লা যাখিদবনি।

ঙমথং ওইনা খ্বাইদগী চাওবা কশ্মীবসু শিখকা শোক্লবা লানগী মতুংদা হৌজিক পাল্লিবা নিংথৌ অসিগী মপুবোক্কী মপাদা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পেনিনা যোম্বোকখিবনি। লৈবাক অসি মমৈথংদা, লৈবাক ব্রায়েল থীমল্লি হায়না পাওথোংশিন্দুনা বৃটিশকী হেক মখাদা থমখিবনি। মমৈথংদা লৈবাক ব্রায়েনগী থৌদাং মশাদা অমুক হঞ্জিনবীখিবনি। হৌজিক লৈবিবা মহীশুব

ষ্টেট অসি টিপুগা শোক্লবা লান অদুগী মতুংদা বৃটিশনা শেমগৎখিবনি। মতম য়াম্না শাংনা ষ্টেট অসি বৃটিশনা ঙাক্নুনা লৈবমই। তোপ তোপ্পা তোঙান্না লৈবরসু আফগনিষ্ঠানগী ফীবমগা মান্ননা ভাবতকী অরাং-নোংপোক ঙমখৈদা লৈবা নেপালিতনি, ভাবত্তা শেংনা মমিংমখা তম্না লৈবস্না লৈবাক হাযববু। অতৈ লৈহৌবা ষ্টেটশিংদি লোয়চলবগী নিয়ম মখাদা মখোয়গী লৈজবা শক্তি পুন্না বৃটিশ সবকাবগী মখুত্তা শিন্নখোক্তুনা বৃটিশ সবকাবগী মীওই নত্রগা এজেন্ট য়াওনা লৈঙাক শাসনলমই। নিংথৌগী মন্ত্রিশিং ফাওবা তত্তনা বৃটিশ সবকাবনা (পীবকপা) থাবকপা বৃটিশ আফিশাবশিংনা ওইবমই।' তৌইগুম্বসুং অফবা ব্রায়েল পাথাপ অমদি লৈঙাকলোন শেম্বগী দায়িদি, পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হৈ-শিংলবা ওইদুনা ফাওবা (অদুগা নিংথৌদি হৈ শিংবা মতিকচাবা শুকওই ওইখিদে) অসিগুম্না ফীবমদা কবিশু তৌবা ঙমখিদ্রবা নিংথৌগী ওইবমই। ভাবতকী ষ্টেটশিংগী মবমদা ১৮৪৬ তা হের্নাবি লোবেন্সনা ইবমইঃ "ফত্তবা সবকাব অমা শেম্নবগী প্লান কবিগুম্না লৈবস্লবদি মদু, মীবৈবাক মচাগী সংগীন মতোম্দা থাজবা পোক্লবা, লোয়ননা বৃটিশকী মীওৎনা হাযবত ইল্লবা নিংথৌ অমসুং মাগী মন্ত্রিগী লৈঙাক সবকাবনি, মখোয পুম্বসি (নিংথৌ অমসুং মন্ত্রী অসি) তৌবা ঙম্না, মতিকচাবা, ধর্ম্ম লৈবা অমসুং ব্রাখল চাওবা ওইববা ফাওবদা মখোযগী লৈঙাক ব্রাযেন খোংচৎ অদু চুম্না ইংনা চথবদা লুনা রানা থোক্লমই। ব্রায়েন পথাপ চুম্না লৈঙাকপা অমগী লৈফম থোক্লবা গুণ পুম্নমক চেল্লবা, ইউবোপীযান নত্রগা ইবৈবাক্কী মীওই অমবু খনবা ঙমদ্রবদা পুম্না থবক তৌমিন্নবা ঙমগদবা অমদি তৌমিন্নগদবা মীওই অহুম অসি কদাইদা থীবা ফংগান? মখোয অহুমগী মখোয খুদিংমক্লা শিংথাবা ঙমদ্রবা ফত্তবা থবক কয়া তৌবা যাই অদুবু অনিনা ওৎনৈদুনা চাযশাইববদা অতৈ অমনা অফবা তৌবা ঙম্না হৌনদে।

১৮১৭ কী অহানবা শকক্তা গভর্ণব জেনবেলদা স্যাব থোমাস মুনোনা ইবমই, "There are many weighty objections to the employment of subsidiary force It has a natural it exits weak and oppressive to extinguish all honourable spirit among the higher classes of society, and to degrade and impoverish the whole people The usual remedy of a had government in India is a quit revolution in the palace, or a violent one by rebellion or foreign cumquats But the presence of a British force cuts off every chance of remedy, by respiring the prince on the throne against every foreign and domestic enemy It renders him indolent by teaching him to rust to stronger for his security, and cruel and varicose by showing him that he has nothing to fear from the hatred of his subjects Wherever, the subsidiary system is introduced, unless the reigning price be a man of great abilities, the country will soon hear the marks of its in decaying villages and decreasing pupation --- - Even if the prince himself were disposed to adhere rigidly to the (British) alliance, there will be always some amongst his principal officers who will urge him to break it As long as there remains in the courtry any high minded independence, which reeks to throw off the control of stronger, such counsellors will he found I have a better opinion of the natives of India than to think that this spirit will even be completely extinguished, and I can, therefore have no doubt that the subsidiary system must every where sun its full course and destroy every government which it under takes to protect " * " খুদুম চনশিল্লগা মতেং পীবগী শক্তি চলাযবকপদা কননা য়ানিংদবা কয়া উৎনবকখি। অশোনবা অমদি ওৎপী নৈবীববা লৈবাক খুদিংমক্কী শাসন্না মহৌশানা সমাজদা লৌনবা অনাংবা থাক্কী মীওই কাংলুপকী লৈজবিবা সম্মান পুম্না মুৎথৎপীবগী ওইথোকপা লৈ লোয়ননা প্রজা পুমবগী লৈবিবা শাক চঙ্গহল্লি প্রজাবু লাইব-চুদৎনহল্লি। কোনুং মনুংদা ইংনা তপ্পা লানহৌবকপনা ভাবত্তা, ফত্তবা শাসনবু কোকহন্নবা মহৌশাগী ওইবা উকন্নি নত্রগা লান শোক্লবনা খুৎথোকহল্লবা নত্রগা মপান লৈবাক্তগী লান্দাবকপনা ফত্তবা শাসন মুথৎনবা মচান্নি। তৌইগুম্বসুং বৃটিশকী শক্তি লাকপনা অসিগুম্না খুদোং থীববু কোকহল্লি, মপানগী অমদি ইমুং মনুংগী যেক্রবগী মখুত্তগী ঙাকথোকপীদুনা নিংথৌমচাশিংবু সিংহাসন্দা ফমহল্লি। মহাক্কী মশা ঙাকথোকপীনবা ললানববু থাজবা তম্বীবনা মহাক্কী মশাদা অতনবা

পোকহল্লি, মহাক্কী প্রজানা মহাকপু তুক্কচ্চবদগী কীনিংঙাই করিমতা লৈতে হায়না উৎপনা মহাকপু নুংশিঁহৈতেবা তমথীবা অমসুং শেন চাবা পামহল্লি। পাল্লি পাল্লিবা নিংথৌ মচানা যান্না তৌবগুম্বা শক্তি লৈবা মীওই নত্রবদি সবসিডাইরি (খুৎ চনশিল্লগা মতেং পীবা) নিয়ম হেক চলায়বদা লৈবাক অদুদা মসিগী মমি তাদুনা খুঙ্গংসিংবু মাংতাকহল্লি লোয়ননা লৈবাক্তুগী মীকোক মশীং হুম্ব্বহল্লি -----। নিংথৌ মশামক লেংবা য়াদনা (বৃটিশকী) মখাপোন্না নিয়ম অসি চৎশ্রবা ফাওবদা নিয়ম অদু থুগায়যু হায়না তকশিনবা মহাক্কী (নিংথৌগী) মকোক ওইবা অফিসাবশিংগী মনুংদা খবদি অয়াম্বা মতমদা য়াওই। মীতোপকী মখুত্তগী নাম্থোর্কনিংবা পুকচেন চাওবা মনিং মখা তম্বা পাম্বা মীওইনা লৈবাক্তুদা লৈবিবমখৈদি অসিগুম্বা পাওতাক পীবা মীওই লৈবাক্তুদা লৈফম থোকই। মসিগী (অপাম্বা) স্পিবিট অসি মপুংফানা মুখৎনবা খনবগী ভাবতা লৈবা নিংথৌকনবা লৈবাকশিংগী মবমদা ঐহাক্কী মত পীবনা হেন্না ফৈ; মবম অসিনা লৈবাক খুদিংদা সবসিডাইবি সিষ্টেম মপুংফানা চৎহন্দুনা মসিনা ঙাক্কনি হায়বিবা শাসন খুদিংমক মুখৎকদবনি হায়বসিদা ঐহাক্কী চিংনবা কবিমতা লৈতে।"

অসুম্না য়ানিংদবা উৎন উৎন ভাবত্তা লৈবা নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিং নমদুনা খুৎ-চনশিনবা হৌখি; মদুনা, মসি চথবকপগা লোয়ননা তৌদবা যাদবগুম্না শেঞ্জা-থুমজা অমসুং ওৎ-নৈবা য়োকখৎলকখি। ষ্টেটশিং অসিগী শাসন ফত্তবা মখৈ ফৎচিল্লক্রে, থৌদাং পাংথোকপা খুদিংদা মশাগী শক্তি-মপাঙ্গল পুম্বা লৈশিল্লক্রে, মেটকাল্ফ কুম্বা বৃটিশকী মীওই নত্রগা ষ্টেটশিং অসিদা লৈবিবা এজেন্ট খবদি পুকচেন শেংলমই অমসুং ভাব তাবমই; অদুবু অয়াম্বা মতমদদি ওইবমদে, মখোয়না দায়ী যাওদবা শক্তি শীজিন্নদুনা মীপুম খুদিংবু পেন্না তৌবমই। লনাই লমকোয়বা মীবমলেনগী ইংলিশ মীওইশিংবু মজাত্তিগী ব্রাখল ঙাক্না চৎহনবগা লোযননা মখোযবু অফিসকী ওইবা মতেং পী হায়বসু খংনবমই অসুম্না মখোযনা ষ্টেটকী লৈজবা শেম্বুম কয়া মাংহল্লমই। তবামপল শুবা খৃষ্টাব্দগী অহানবা তঙ্খায় চল্লকপদা ষ্টেটশিং অসিদা মকওইনা ওউট অমসুং হাগদ্রবাদতা থোকখিবা শেম্বুমগী হিংসাব খবদি তশেংনা থাজনিংঙাই ওইদে (ঙকর্নিংঙাইনি)। ১৮৫৭ তা থোকখিবা সিফাই লানহৌগী মমাং খজিক ওইনা ওউটপু বৃটিশ ভাবত্তা তিনশিনহনখি।

মতুংদা অসুম্না ষ্টেটশিং লৌশিনবনা বৃটিশকী পোলিসি ওইখি; বৃটিশ সবকাবনা ষ্টেটশিংগী শাঙ পুম্বা মুন্দুনা লৌশিন্নবা, তৌশিন্নবা, ওইদবা ঙাংবগী খুদোংচাবা লৌখি। তৌইগুম্বসুং সিফাই লানহৌবা লোয়ননা ১৮৫৭ কী অচৌবা লানহৌনা নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিং নমদুনা খুৎ-চনশিনখিবা অদু কবিসু নত্তবদা য়ানিংদবা উক্তুনা লানহৌদু যাওদনা ভাবতকী নিংথৌমচাশিংনা নাথৈদুনা লৈথোক্পদা নত্তনা মদুবু তকখায়নবা (লানহৌববু লার্কশিন্নবা) থবক খবদা বৃটিশপু তশেংনা মতেং পাংলমই। মসিনা মখোয়গী মথক্তা বৃটিশনা লৌখৎকে নিংলম্বা পোলিসিবু খবমখৈ হোংদোকহনখি, মখোয়গী মপাঙ্গল কনখৎহন্দুনা মখোয়বু থম্নবা খন্নহনখি।

বৃটিশনা স্বাইগী মকোক ওইবগী দোকত্রিন লাওথোক্লমই ভাবত সবকাবগী বাজনিতিগা মবী লৈনবা ডিপার্টমেন্টনা থবক ওইনা ষ্টেটশিংবু লার্কশিনবদা থোয়না চেকশিল্লমই লোয়ননা শবর্কশিদনা চগ্থবমই। নিংথৌশিংবু ফমদাহল্লমই নত্রগা মখোয়গী লৈজবা শক্তি লৌথোক্লমই; বৃটিশকী থবক তৌবা (বৃটিশ) মীওইবু মখোয়গী মথক্তা মন্ত্রি ওইনা হাপচিল্লমই। অসিগুম্বা মন্ত্রি কয়ানা তৌজিকসু ষ্টেটশিং অসিদা থবক তৌদুনা লৈবি; মখোয়গী মকোক ওইদুনা লৈবিবা নিংথৌমচাশিংবুদি মখোযনা থৌওইনা তৌদে অদুগা বৃটিশ অঙম্ববুদি লুনা তৌরমই।

নিংথৌ খবদি ফৈ খবদি ফত্তে; অফবা নিংথৌশিংবু ওৎ-নৈবদা নত্তনা খোংথাবা খুদিংদা য়েংশিল্লমই। মতিকচানা সম্মান ফংলকপা, মখোযনা, উবকপদা, কাংলুপ অমা ওইনা মখোয়না য়াদবসু অতোনবা শোৎথবা ওইনা লৌবমই অদুগা মীওইনা উহল্লমই অদুম্নদি ওইবগা চৎনবোন নিয়মদা তমজনিংঙাই হৌরকফম ওইনা লৌই; মসিপুম্বা বৃটিশ সবকাবগা মখোযগা মবী লৈনবা থবক তৌবদদি ওইদে। ভাবত্তা লৈবা ষ্টেটশিংবু "Britain's fifth column in India" ভাবত্তা থম্বা বৃটিশকী মঙাশুবা লাম্নীনি" হায়না শেলঙাঙকাযনা য়াম্না চুম্না হায়রমই।

# তরেৎশুবা পন্দুপ

## তরুকশুবা তাংকক

# ভারত্তা বৃটিশ শাসনগী ওন্ন তৈনবা/ রাম মোহন রায়/ছাপাখানা/স্যার উইলিয়ম জোন্স/ বেঙ্গলদা ইংরেজি তম্বীবা

ভাবত্তা চলায়বিবা বৃটিশ কলগী বেকোর্ড খন্নবগী তাংকক খুদিংদা, শিংথানবা য়ানা ওন্নতৈনবা অমনা ঐখোয়গা ময়োক্লাব। ভাবত্তা বৃটিশনা শুপ্লমই। অদুগা পৃথ্বিবীদা মকোক থোংবা (পব্লাব) শক্তি মবমদি অচৌবা ক ল শীজিন্নবা অনৌবা কলকাবখানাগী চাওখৎ লমজেন্দা মকোক ওইনা বৃটিশনা চেল্লমই। পৃথ্বিবীদা অহোংবা অমা পুবকপা ইতিহাসকী অনৌবা পব্লাব শক্তি অহোংবা অমা পুবকপা ইতিহাসকী অনৌবা পব্লাব শক্তি বৃটিশনা, ওইবমই; অহোংবা লাকইবা অমদি লানহৌগী মখোযনা মীহৎনি অমদি চেন্নবিবা লমজেনগী লুচিংবনি হায়বা মখোয় মশানা খংজবমদে; অদুগা মখোয়গী ফীবম চেৎশিনহন্নবা হোৎনবা লোয়ননা মখোয়গী খুদোংচানবগীদমক লৈবাক প্রজাবু ওৎ নৈদুনা মশাবু মশানা তেংবাংনবা তৌবা পুন্নমক্কী মথক্তা লাকইবা অহোংববু থিংনবা মখোয়না ব্রাখল তৌনা, হোৎনবমই। মখোয়গী ব্রাখলগী মিৎয়েং অমসুং মখোয়না পামজবা অবেপ্পা ব্রাখল মাযোক্লবা ওংদা ঙাক ওইনা তৌই, মসিগী মবম অমনা ভাবত্তা লাকপা মখোয়গী সমাজগী মীওইশিংগী ষ্টেশুব অমা ঙাক্লবা হোৎনবনি অদুগা মকওইবা মবম্না ভাবত্তা লৈবা মীশিংবু মপাঙ্গল কনখৎহনবা য়াবা অদুগা অমবোমদা ভাবতপু শিল্লিবা বৃটিশকী শাসন শোম্হনবা যাবা চাওখৎথৌবাংগী মাইকৈ খুদিংদা ইবোইননা লাকইবা অহোংববু ব্রাখলচংনা থিংবা পাম্বনি। মখোয়গী ব্রাখল অমসুং পোলিসি পুন্নমক্তা ভাবতবাসিবু কীবগী ইথিন অমদি ইবৈমবৈবি, মবমদি মখোয়না ভাবতবাসিগা তোৎশিন্নখিবা পান্নমদে লোয়ননা অমতা ওইনা পুনর্শিনবসু ঙন্নমদে; তোঙানবা মযোক্লবা মীওইবশিংনা ইকোয় কোয়শিনবা তোপ-তোপ্পা লৈবা মীতোপ্পা শাসন পায়বা কাংবু ওইদুনা লৈবা অসিমক মখোয়গী মবাইবক্তা তমলমই। চাওখৎপগী মাইকৈদা তাংকক খবা লোয়না অহোংবা কয়া লাক্লমই, মখোয়গী শাগৎচবা মপাঙ্গলনা নোংচুপ মাইকৈদগী লাকপা খুদিংমক বৃটিশকী মখা পোন্না মশা অমতা ওইববসু অসিগুম্বা বৃটিশ পোলিসি লৈন লৈনা হায়বিবা অহোংবশিং অসি মশানা অদুম লাকচবমই।

ইংলণ্ডগী মীপুম খুদিংমক্লা, লাইবিক হৈবশিংনা নোংপোক মাইকৈদা লৈবা লৈবাকশিংগী লোন, কলচব, আর্ট লৈনবা কাংবুনা, পাওমীশিংনা, ধর্ম্ম শন্দোকপশিংনা অমদি অতৈ মীওই কয়ানা নোংচুপ্তা লৈবা লৈবাকশিংগী কলচব ভাবত্তা পুশিল্লকনবা মকওইবা থৌদাং লৌবমই; অসুম্না মখোয়না তত্তনা হোৎনবনা মখোয়না তৌবিবা থবক মখোয়মক্কী সবকাবগা মত মান্নদবা লাক্লমই। হৌজিক মতমগী এদুকেসন শন্দোকপগী ওইবক্কদবা ফল অদু মতমদুগী সবকাবনা কীবমই; অদুনা মসিগী লম্বীদা সবকাব অদুনা অথিংবা কয়া পীরমই; অদুম ওইনমক ইংলিসকী ব্রাখল, সাহিত্য অমসুং বাজনির্তিগী কায়াৎ ভাবত্তা পুশিল্লকইবসি, তৌবা ঙম্বা, মথব্রাই য়াওবা ইংলিস-মীওইশিংনা মখোয়না লোয়নবা মথব্রাই য়াওবা ভাবত্তা লৈবা ছাত্র কাংবু কয়াবু খোমজিন্দুনা লময়ানলম্বগী মহৈনি। (ঐহাক্লা ইংলিস মীওই হায়বিবসি অওইবমক গ্রেট ব্রটেন অমসুং আবলণ্ড পুম্বগী মীওই য়াওববনি, মসিমক অবানবা মতাং চাদবনি হায়বা ঐহাক্লা খংই। বৃটেন্দা লৈবা মীশিং হায়বদি বৃটিশাব হায়বা ব্লাহৈ অসিমক ঐহাক্লা পামদে ব্লাহৈ অসিমক্লা আবলণ্ডদা লৈবা মীবু খংনবদি, য়াওবদি নত্তে। অদুনা আবলণ্ড স্কোটলণ্ড অমসুং

ব্রান্সদা লৈবা মীশিংগী মফমদা ঐহাক্না লাল্লে হায়জবি। ভারত্তা মখোয় পুন্নমক্তা চপমান্নবা মথৌ পাংথোক্লমই; মখোয়বু মশক খংদবা কাংলুপ অমা ওইনা উনবমই।) ইংবেজি তন্নীবা পামদ পামদনা বৃটিশ সবকাবনা তাঞ্জা ফীবমদা য়াদদুনা মখোয়গী শেমগৎ শাগৎপাগীদমক কেবাণী ওইহন্নবা শেন্নী-তন্নীবা তাখিবমই। মখোয়গী মখা থানা থবক তৌহন্নবা ইংলণ্ডদগী মীয়াম পুশিল্লকপা ওইথোকলমদে। মবমসিনা এদুকেসন্না খোংজেন তপ্পা চত্থবকখি; অদুগা তাংকক নাইবা, অবানবা মওংগী ওইবা এদুকেসন ওইববসু চত্থনবকইবা ব্রাখল, অনৌবা ভাব উনবা মসিনা জ্ঞানগী থোং মিহুৎথোং হাংদোকখি।

ভাবত্ত লৈবা মীগীদমক্তদি ছাপা খানা অমসুং মেচিন পুন্নমকসি খুদোংথীনিংঙাই অমসুং পোখাযনিংঙাই ওই হাযনা তশেংনা খন্নবমই, কবিগুস্বা মওং অমদা মসিবু পুক্লিং থৌগৎলোয়দবনি হায়নসু খন্নবমই, নত্রবদি মসিনা বৃটিশ সবকাববু মুক্রহল্লকনি লোয়ননা ইণ্ডষ্ট্রি চাওখৎলক্তনি হায়না খন্নবমই। হায়নবা ব্রাবী অমা লৈ মদুদি হাযদ্রাবাদকী নিজাম্না ইউবোপ্তা শাবা মেচিন য়েংনিংই হাযনা হাযবমই মদুদা বৃটিশকী মহুৎশিন্দুনা লৈবা মীহুৎনা মাগীদমক্তা (নিজমগীদমক্তা) ইযাব পপ অমগা ছাপা তৌনবা মেচিনগা পুবীবকখি। নিজামনা মতম খবগী ওইনা লাংতকনবন্নদু নিংবা থুংহনখি, হায়বিবা মেচিনশিং অদু অপেনবগা লোযনানা খুদোনপোৎ ওইনা থর্মখি। তৌইগুম্নসুং মসিদগী ব্রাফমসি কলকটাদা লৈবা বৃটিশ সবকাবনা তাবকপদা বৃটিশ সবকাবগী মীহুৎনা তৌবকইবা থবক্তা সবকাব অসিনা পেন্দবা ফোংদোকখি লোয়ননা ভাবতকী ষ্টেট অমদা মক ওইনা, ছাপাখানা লিংখৎপগীদমক্তা মীহুৎ অদুবু গীনা চৈখি। বৃটিশ সবকাবনা পামদ্রবদি হায়দুনা মীহুৎ অদুনা ছাপাখানাদু লোন্না তৌশিন্দুনা থুগায়হনখি।

তৌইগুম্নসুং ছাপাখানা থম্ববু পামদবনা মবম ওইবনা ছাপাখানাগী মতেং যাওদদুনা সবকাব অসিনা তৌফম থোকপা থবক পাংথোকপা ঙমলক্ত্রে, অদুনা কলকতা, মাদ্রাজ অমসুং অতৈ মফম কয়াদা অফিসকী ওইবা ছাপাখানা লিংখৎপা তৌখি। সেবামপুবদা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুনা ইহান হানবা ওইনা লনাইগী ওইবা ছাপাখানা লিংখৎপা তৌখ, ১৭৮০ দা কলকতাদা সাহেব অমনা ইহান হান্না খবব পুথোকপা তৌখি।

হার্যবির্বাশিং অসিগা লোয়ননা অতৈ অহোংবা কয়া তপ্পা তপ্পা চংশিল্লকপা হৌখি, মাদুনা ভাবত মচাশিংগী বাখলদা অনৌবা ইথিন চংশিল্লক্তুনা হৌজিক ওইবিবা জ্ঞানগী মঙান ফংনবকখি। ইউবোপকী ব্রাখলনা অপীকপা কাংলুপ অমতবু লায়না খুদুম চল্লমই মবর্মদি ভাবতকী দশযন শাস্ত্রনা নোংচুপ লমগীদগী হেন্না ব্রাংবনা ভাবত্তি মহৌশাদগী মশাগী ওইনা লৈবা দর্শন শাস্ত্রবুনা হেন্না পামলমই। নোংচুপ মাইকৈগী শক্তি অমসুং অশেংবা পাঙ্গল, পুন্সিগী তঙাইফদনা তৌদবা য়াদবা থবক্তা শীজিন্নবা তৌবমই মতাং অসিদা নোংপোক লমদমদগী নোংচুপ লমদমগীনা খ্বাইদগী খুমাং চাওশিনবা হেল্লমই। বেলগাড়ী, ছাপা খানা, অতোপ্পা মখলগী কলকাবখানা লোযননা লানগী হেন্না ফগৎলবা লাল্লোং অসিনচিংবা অনৌবা খুৎশাইবগী থবকপু থৌশাদবা ঙমদে; ভাবতকী বাখলদা চযেৎনবা থোকহল্লিবা, নকোযদা লামশিল্লকপনা, ভাব তানা খংবা ঙমদ্রবা মমাংইগী ওইবা ব্রাখলগী লমখৈ ব্রাংমদা, হাযবিবা অনৌবা মখলগী খুৎহৈ বগী বাখল থোবকপনি। লৌয়াম চাবগী থবক, লনাইগী ওইনা লমগী মতাংদা বাতৌদোক ওইনবকপা অমসুং লৌউবগী অনৌবা নিযম পুথোকপা অসিনচিংবগী অকুপ্পা মবোন্না অশেংবা অমদি মতমকযা লিশাংশিংনা লৈতৌগদবা অহোংবা পুবক্লম্মী। শেন্থুমগী অতাবা নিয়ম্না কোক লিংশিল্লক্লমই, লমপুন্না কৈথেন্দা পুথোক্তুনা যোনবা যাবমই। লম লমগী চৎনবীনা মপুংমবা তানা মতম অমদা লৈবন্দু, শেন্না কবম্না মাংহন্নখিবা।"

ভাবতকী অতৈ অযাম্বা মফমদগী য়াম্না হান্না, লৌউ-শিংউবা, খুৎশাহৈবা, লাইবিক লাইশু হৈবা অমদি জ্ঞান লৈবা অসিনাচংবগী অহোংবা অসি বেঙ্গলনা উবমই, খংলমই মবমদি বৃটিশ কলনা পাক শন্না শন্দোকত্রিঙৈ (চহি চামা) তঙ্খায় অমগী মমাংদা বটিশ কলগী তশেংবা বেঙ্গলনা হান্না থেংনগ্রবনি। তবানিপাল শুবা খৃষ্টাব্দগী অনিশুবা (অবোযবা তঙ্খাইদা লোযননা তবামাপলশুবা খৃষ্টাব্দগী অহানবা তঙ্খাইদা বৃটিশকী মখাপোন্দবা ভাবতমচাশিংগী পুন্সিগী মকওইবা শক্তম বেঙ্গলদা উবমই। বৃটিশ গভর্ণমেন্টকী, বেঙ্গলনা কেন্দ্র অমদি মরুওইবা মফম ওইবত নত্তনা বৃটিশকী শক্তি মকমদা ভাবতকী অতৈ মফম কযাদা শিনবা থুংনা শন্দোখিবা ইংবেজি লাইবিক হৈবা ভাবত মচাশিংগী অহানবা কাংবু কয়াসু বেঙ্গলদগী থোকখিবনি।

তবামপলগুবা খৃষ্টাব্দদা য়াম্না মমিং চৎলবা শিংথাবা য়াবা মী কয়া বেঙ্গলদা পোকখি; বাজনিতি অমদি কলচবগী থবক্তা ভারতকী অতৈ মফমদা লৈবা মীশিংবু মখোয়না লমজিংলম্মই; মখোযগী মবক্তগী খবগী হোৎনমন্না, ইনৌ-নৌনা, মজাত্তি মবৈবাক নুংশিনবগী লাঞ্জংগী মওং লাকশিনখি বৃটিশকী শাসনবু মতম শাংনা বেঙ্গলনা থেংনবকপদা নওনা বৃটিশকী শাসন্না কা হেন্না শাথিবগা লোয়ননা নুংঙাইবা লেমজনিংঙাই ওইবা রাখলগী ইচেন অমা চেলহনবা অমদি বৃটিশকা মবী লৈনহনবদা অপান্বা অমা মীপুম্বগী থম্মোইদা পোকহনবা লোয়ননা অসিগুম্না রাখলগী অকনবা কুয়োম্না কুপশিল্লকপা মতমদগী হৌনা বেঙ্গলনা বৃটিশকী শাসন থেংনবক্লবনি। অদুং ভারত অমদি মধ্য ভারতনা বৃটিশকী শাসনবু য়ানিংলকপা মমাং চহি কয়াগী মমাংদা বেঙ্গলদা বৃটিশকী শাসন চৎলকলবনি লোযননা ফীবম অমা তানা হৈনবা যানবক্লবনি। ১৮৫৭ তা থোকখিবা অচৌবা লানহৌবগী অহানবা মৈবিক কলকত্তাগী মনা ওনা লৈবা দম দমদগী থংত্তৌদনা তৌগ্রবসু হায়বিবা লানচৌবা বেঙ্গলদা নবিম্দু তৌবা ঙমখিদে।

বৃটিশনা শাসন তৌদ্রিঙৈদা বেঙ্গল, মোগল সম্রাজগী মনুং চল্লমদে; মকওইববা প্রদেশ অসি হৌজ্জকস্ কেন্দ্র সবকাবগা মবী লৈনদে। মধ্য যুগকী অহানবা শক প্রা মফমাসদা লৈবিবা হিন্দুগী চাওখৎনবা মওংগী সাইনি, লাই শান হৈবমই লেইননা তন্ত্রকী দর্শণশাস্ত্র অমদি থবক চাওখৎনমই। মথৎদা, সম্রাজগী চৎনবী, অমসুং আইনগা মবী লৈননা হিন্দুগী অহোংবা পুবকপা খোংচৎ কয়া চংশিল্লকখি, অসিগুম্না ইহৌগী খোংচৎনা নিংথিনা থংনববা সতগা মবি লৈনবা নিযমগী অহোংবা অমা মফমপুম্বদা পুবকখি। থাজবা অমদি থম্মোইগী ইহৌনা মূর্ত্তি ওইববা, চাওববা পণ্ডিত, চৈতন্যনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম পুথোকখি, থাজবনা মপুং ওইববা ধর্ম্ম অসিনা বেঙ্গলদা লৈবা মী অযাম্বগী থম্মোই খুদুম চনখি। অবাংবা থাক্কী জ্ঞানগী ইহানগা, চাংচত্তা মায়না কল্লবা থুক লাওবা রাখলগী থৌদাগা অনিনী অঙকপা ফংনা তিল্লবা ইচেনবু বেঙ্গলীশিংনা চাওখৎহনখি। ১৯ শুবা খৃষ্টাব্দগী খাইবোক লেল্লকপদা, পান্নববা ধর্ম্ম অমদি মীওইবগী লৌফম থোকপা থবক অসি সাধুগী লিচং চৎলবা রামকৃষ্ণ পরমহংস কৌবা ফাওবা নিপা অমনা বেঙ্গলদা অমুক শোগৎলকখি; মীওইবনা অবা-অনং নংদনবা, সমাজগী নওইবা ফাউফবা পুবক্লবা অঁহোগা মান্নদ্রবা বকটকী মথং মনাও নাইববা থৌশিল অমা মহাক্কী মমিংদা শেমগৎখি। এসিসিগী সন্ট ফ্রান্সিসনা ১২০৯ দা ধর্ম্মগা মবি লৈননা খাবা কনবগা লোযননা মথৌ পাংথোক্লবা ইংনা হোৎনবদা মাইযোং য়াদনা লৈমনা ওইখিবগুম অমদি ক্লেকবশিংগুম (ইংনা খৃষ্টক্লেদস শান্তি ওইনা মথৌ পাংথোক্লবগীদমক শিংথৎখিবা society of friends কী মেম্বরশিং ঐতিক চাবখা, নাপন চাওথোকপা যাওদ্রবা বামকৃষ্ণ মিশনগী মেম্বরশিংনা, ভারতকী মস্ম শনবা খুংনা অমদি মাগী অতৈ লৈবাক কযাদা অবাবা পুদোংথীবা হেক হেব থোক্লকপদা, অনা লাইরেংশংগী থবক পাংথোকই, লাইবিক লাইশু তন্ত্বীবগী থবক পাযথৎলা লোযননা অবা অনংদগী কন্নবা থবক্কী নামদা নি ইহাবা লৈওনা থৎশিল্লি।

ভারতকী লিববা চৎনবীনা শাইওল্লবা বামকৃষ্ণন। মহাক্কী মমাংদা, ১৮ শুবা খৃষ্টাব্দদা মীবওগী মথোইবনা, বাজা বাম মোহন বোয কৌবা মতোম্না নিপা অমা বেঙ্গলদা ফাওখি; অনৌবা অমদি অনিবা মহৈগী জ্ঞানগা তাশিন্নবা চেপা তোম্না মীওই অমনি। ভারতকী ওইনা জ্ঞান অমাদ ভারতকী দর্শন সাস্ত্র মন্যংথিংনা থংলবা, সংস্কৃত, পার্শিয়, আরবিগী পাণ্ডং ওইবনা মহাক্না, ভারতকী কলচবশিংগা মনুংদা প্রেমথীনা ওইনা লেনবা হিন্দু মুসলমানগী যানশিন্নববা কলচব পুথোকখি। বৃটিশনা ভারতা খোংদাবকপা, হীবম কযাদা বৃটিশনা মকোক থোংলকপনা মহাক্কী অঙকপা হনবা লৈরবা রাখলবু চিংশিন্দুনা বৃটিশ কলচবগী হৌবককম মক্ক কবিনো হাযনা পুখোকহনখি। মহাক্না ইংরেজি তমখি, তৌইগুম্বসুং মদুনা পেলওনা নোংচুপ লমদমগী ধর্ম্ম অমসুং কলচবগী হৌবকফম মক্ক পুথোক্লবা গ্রীক, লেটিন অমসুং হিব্রু তমখি। নোংচুপ সভ্যতাগী বিজ্ঞান অমসুং টেকনিকেলগী হীবম, মতুংদা ওইবকপা মওংনা মতমদুদা লাকপা অহোংবদু মযেক অদুক শোংহনলমদ্রবসু দর্শণ শাস্ত্র হৈবনা অমদি পণ্ডিত ওইবগী গুণ চেনবনা বাম মোহন বোযনা ইবাই লাযনা কুইপ্রবা অবিবা সাহিত্যদা পুক্লিং থিংজিনবা ঙম্লমই। মহাক কবস্না মীনো তাকপগা লোযননা মেনিয়াব ওইলিয়মস, ওবিয়েন্টেলিষ্টনা অসুম্না হায়বম্মী "পৃথিবীদা লৈবিবা ধর্ম্ম চাংদম্নলগী বিজ্ঞান পুথোকপদা মথরাইযাওনা হোৎনবস্না নিপা অমনি", অদুগা মতম অদুমক্তদা ইদুকেসনবু মতমগা চানহনবা মাহাক্না লাংতক্লনা হোৎনবমই লোযননা দর্শণ শাস্ত্রগী লিববা মতম্সু মহাক্না অনৌবা মতমগা চান্নবা মওংদা পুথোকখি।

হৌরকপদা ঙায়রিঙে মতমমক্তদা সাইন্টিফিক ওইবা শরুক (অঙক, এলজাব্রা, জামিত্রি), প্রকৃতিগী মরমদা নৈনবা বিজ্ঞান, কেমিষ্ট্রি, এনাটোমি অমদি কান্ন-কান্নগদবা বিজ্ঞান কয়া তম্বীবগী তঙাইফদবসু কন্না পন্দুনা গভর্ণর জেনরেলদা মহাক্না ইরমই।

লময়ানবা অমসুং পণ্ডিত ওইবদগী মহাক মরায় অমা হেল্লমই; পুন্নমক্কী মথক্তা মহাক রিফোমার অমনি। মহাক্না নহা ওইরিঙেদা ইসলাম ধর্ম্মনা মহাকপু মচু শংলম্বনা অমদি মমৈথংদা খরা মখে খৃষ্টান ধর্ম্মদা মপুক্নিং চংলুবনা, মহাকমক্কী ধর্ম্মগী হৌরকফমদা মথক্বাই লুপ্লমই। মহাক্কী ধর্ম্মবু মহাকনা শেমদোক্লুবা লাক্লরমই; ধর্ম্মদুগী লোয়নরিবা ফত্তবা শরুক অমদি ধর্ম্ম অদুবু তাথি তাওইনবা শরুক লৈহন্দনবা মহাক্না হোৎনরমই।সতি মৈ থাবা থিংননবা মহাকনা য়াম্না কয়া হোৎনবনা বৃটিশ সবকারনা মসি থিংখিরমই। মপুরোয়বগী চিতা মথক্তা সতিবু নমদুনা থাংগত্তুনা মৈ থাবসি পাক্না শন্না শন্দোক্লমদে। শাগৈ জাৎ চাওবা ইমুংদতা থোকপনা মসি তাংনা সথোকপা থৌদোক ওইরমই। চাওরাক্না সাটো-টার্টার (মমাংঙৈদা এশিয়াদা কোইচৎ চত্তুনা লৈরম্বা অরেপ্পা ময়ুম লৈতবা টার্টাব) শিংনা ভারত্তা অহানবা ওইনা চৎনবী অসি পুশিল্লকখি; মখোয়গী মরক্তা লৈরম্বা খ্বাইদগী মপুং অদুনা শিবা মতমদা মাগী মচা-মনাই অমদি শান্দুনা লম শীজিন্নবা লৌমী-শিন্মীনা মপুগী মতুং ইন্দুনা শিজবা অসি মতম অদুদা চৎনরমই। মমাংঙৈদা ইবম্বা সংস্কৃত সাহিত্যদা সতি মৈ থাববু য়াবমদে; আকবরনা মদু থিংনবা কন্না হোৎনরমই; মারাঠাশিংনসু মদু মায়োক্লরমই।

ভারতকী ছাপাখানা হৌদোক্লম্বশিংগী মবক্তা রাম মোহন রোয় অমনি। খৃঃ ১৭৮০ দগী হৌদুনা সাহেবশিংনা ভারত্তা খবর কাগজ কয়া ফোংবা হৌখি। মহৌশাগী ওইনা সাশনগী মতাংদা কন্না লৈনবমই, খৎনবা কয়া থোকহনখি লোয়ননা ফোংবা য়াবা-য়াদবা কুপ্পা য়েংশিনবা হৌখি। ফ্রিদম ওফ প্রেস (পাও-চে ফোংবগী নিংতম্বা) ইহান হান্না ভাবত্তা হৌদোক্লম্বা লময়ানবশিংগী মরক্তা সাহেব কয়া য়াওরমই, জেম্‌স সিল্ক বক্কিংহামসু অমনি। ঙসিফাওবদা কাওগুমদনা নিংশিংনরিবা জেম্‌সপু লৈবাক অসিদগী তাছোকখি। ইহান হানবা ভারতকী ওইবা ভাবত মচানা খবব ফোংনা (ইংলিস্তা) ১৮১৮ দগী হৌখি, চহি অসিমক্তদা, সেরামপুরদা লৈবা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোরকপা কাংবুনা থাগী অমসুং চযোনগী বেঙ্গলিগী চেফোং পুথোকখি লোয়ননা ভারতকী লোন্দা মতম মতমগী ওইবা চেফোং থোকহনখি। ইংলিসতা অমদি ভারতকী লোন কয়াদা ইবা পাওচে অমসুং চেফোং কয়া কলিকতা, মাদ্রাজ অমসুং বম্বেদা মথং মথং ওইনা থুনা থোবকখি।

তাঞ্জা অসিদা নিংতম্বা চেফোংনা থোকপগী মরমদা য়েৎনবা খঙনবা কয়া'ম থোরকখি, মদুগী অয়া-য়াদ কয়া ঙসিফাওবদা চখনরকলি। ১৮১৮ দা খ্বাইনা খংনববা রেগুলেসন অহুমগুবা থোবকখি; অহানবা ওইনা রেগুলেসন অসিনা বিচাব তৌদনা ফাবা থিংবা হৌখি। ঙসিফাওবদা বেগুলেসন অসি চৎথবকলি; চহি ১২০ চুপ্পা চখবকইবা হুকুম মখাদা মী কয়া জেলদা থমখি।

পাওজেন চে কয়াগী মতাংদা রাম মোহন রোয়বু নিংশিংবা য়াই। ইংলিস অমসুং বেঙ্গলি লোন অনিগী ওইবা মেগাজিন, মহাক্না পুথোকখি; ভারত শিনবা থুংনা চৎহননিংবনা পার্সিয়ান লোন্দা চয়োনগী ওইবা মেগজিন মহাকনা ফোংখি; মেগজিন অদু মমৈদা খন্ননৈনবা পাম্বা কাংবুগী য়ানরবা লোন ওইনা ভারত পুম্বদা য়ানখি। চেফোং কয়াবু নিয়ম মখাদা লাকশিন্নবা অনৌবা নিয়ম কয়া ১৮২৩ দা লৌখৎলকপদা, মসিনা অথিংবা পম্বহনবা থোকহনখি। লৌখৎলকইবা নিয়মশিং অসিগী ময়োকত্না রাম মোহন অমদি অতৈ মীওই কয়ানা কন্না মায়োক য়াখি, ইংলণ্ডদা নিংথৌ য়াওবা কাউন্সিলদা দরখাস থাখি।

রাম মোহন রোয়না পাওমী ওইনা লৌখৎলকপা অকনবা থবক অয়াম্বা রিফোর্মগী লৌখৎলকলিবা খোংচৎকা মমৈদা মরী লৈনরমই। মচং ওইরবা জগৎকী ওইরবা মহাক্কী ব্রাখলবু ওর্থোদোক্স ওইরবা কাংলুপ কয়ানা য়ানিংলমদে; মহাক্না পুথোক্লকপা রিফোর্ম কয়া মখোয়না (কাংলুপশিং অসিনা) মায়োক্লরমই। কাংলুপশিং অদুগী মরক্তা মহাকপু য়াবা মতিক মগুণ লৈবা মীওই কয়া অমসু য়াওরমদবা নত্তে; মমৈথংদা বেঙ্গলদা থায়নগী ওইবা লাইবিক লাইশু কলা বিদ্যাদা মকোক চেল্লকপা ঠাকুর (ঠাকুর) ইমুং মনুংগী মীওইসু, মহাকপু কাংলুপ অসিদা য়াওন-য়াওনা, মহাকপু মানা তৌবা থবকপু য়ারমই। দিল্লিদা

লৈবা ভারতকী নিংথৌবেনগী মীহুৎ ওইনা রাম মোহন ইংলণ্ডদা চৎখি; তরামাপন শুবা শোক্কী কুম্থা চংশিল্লকপদা ব্রিষ্টোলদা মহাক অবোয়বা যাহিপ তানখি।

রাম মোহন রোয়, দ্বারকানাথ ঠাগোরশিং অমসুং মীওই কয়া না মরনাই ওইনা ইংরেজি তম্লমই। ইংলিস স্কুল, কলেজ লৈরমদ অদুগা ভারত মচাদা ইংরেজি তম্বীনিংদবা অসিমক মতম অদুগী ভারত সরকারগী পোলিসি ওইরমই। ১৮১১ দা সরকারনা কলিকতাদা সংস্কৃত তমবীনবা হিন্দু কলেজ অদুগা আরবি তম্বীনবা মাদ্রাসা লিংখৎখি ১৭৯১ দা সংস্কৃত কলেজ অমা বিনারসতা লিংখৎলমই। তরামাপন শুবা চহী চহি ৮০ রোম চংশিল্লকপদা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা স্কুলদা ইংরেজি তম্বীনা হৌরকখি। চহি কুন কুম্থাগী মনুংদা সরকারনা ইংরেজি তমহনবা খন্নবা হৌরকখি অদুবু মদুসু মতৈনা অমুক খরা। অদুমক খু চাংযেং ওইনা দিল্লিদা লৈবা আরবি স্কুল অমদি কলকত্তাদা লৈবা লাইরিক তম্ফম শং কয়াদা ইংরেজি ক্লাস কয়া খক হাপচিল্লমই। ইংরেজি তম্না কান্নগানি হায়না অরোইবা ওইনা তাখিবা রারেপ, ১৮৩৫ গী ফেব্রুওয়ারি থাদা লাইরিক তম্বী মতাংদা মেকাওলিনা ইখিবা রারোন্দা যাওরি। খরা লৈরগা কলকত্তাদা, মাদ্রাজ অমসুং বম্বেদা বিশ্ববিদ্যালয় লিংখৎখি।

ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা সাহেবশিংদা সংস্কৃত তম্বীবদা যানংদবনা মরম ওইবনা ভারতা লৈবা বৃটিশ সরকারগী শাসনমচাশিংনা ইংরেজি তম্বীনিংদরানা। লোনবু খন্ন তৈনবা উর্ইনরম জোন্দনা সুপ্রিম কোর্টকী জর্জ ওইনা লাকপা মতমদা মহাক্না সংস্কৃত তম্নিংবগী অপাম্বা যোদোক্লমই মহাক্না লিংথনা শন (পীবরসু) পীবরা ফাওবদা মীশিং শাক মা। অদি লৈপকসিদা লাকপা মীশিংদা শেংলবা লোন অসি শম্বীনু হায়বা ব্রাহ্মণশিংনা যাবমদে। মমৈথংদা যাম্না খনা ব্রাহ্মণ অমা থেংনবমই, মাইবা অদুনা মহাক্কী অশংবদ নিয়ম অমগী মখাদা তম্বীগে হায়না যাবমই। ভারতকী থাইনা ওইবনা তাসিবু মমাংনা অমদি তৈনিংমনবনা, চায়রি শম্না জোন্সনা যাবমই। সংস্কৃতনা মক ওইনা ভারতকী লিবা মাদা চাকপাগা মহাক্না তন্না ওইবা লোকতল্লমই। মহাক্না ইথোবকপা অমদি হন্দোবকপনা সংস্কৃত সাহিত্যগী লরবা কয়াগা শকুন্তলা শেক ইহান। হান্না ইউরোপতা তারা হৌখি। ১৭৮৪ দা স্যার ইউলিয়ম জোন্সনা বেঙ্গল এশিয়াটিক সোসাইটি লিংখৎখি, সোসাইটি অসি মমৈথংদা রয়েল এশিয়াটিক সোসাইটি হায়না খংনখি। ভারতকী লিবরা সাহিত্য অমুক হন্না পুথোকখ তৌবীমন লমন জোন্স অমদি ইউরোপকী অতৈ পণ্ডিতশিংগী মফমদা তোল্লবনি। তশেংনমক, মসি অয়াম্বা চহি ২ খুদিংগী ওইনা খংনবকখি, কলচব তৌনবা লোন অমা ওইনা মীওইবগী (মতম অদুগী মীশিংগী) অপাম্বা বাখলনা পার্শিয়াগা লোনবু থাদোকনবকখী লোযননা পার্শিয়া লোনবু তোপ তেপ্পা লাইরিক কয়া খনবদা থোইনা হেন্না বাখল চিংশল্লখি। খুৎই লাইরিক থিগৎপদা খংনবমদবা কয়া পুথোবকখি লোয়ননা মতমগা চাননা পণ্ডিতকী মরক্তা যেৎনবকপনা, ইখ খনা লম্মলবা মপান লাইদ্রবা সাহিত্যগী অনৌবা খংলমদ্রবা তৌবকফম পুথোবকখি।

ছাপা খানা পুথোক্কুনা খ্বাইনা পাম্নবা ভারতকী লোনশিং চাওখৎহনবদা মতেং লংথিনা পাংলমই। হিন্দি, বেঙ্গলি, গুজরাটি, মারাটি, উর্দ্দু, টামিল, টেলেগু অদুগুম্বা লোন খরসি শির্জিন্নবদা মতুংনা সাহিত্যবু চাওখৎহল্লমই। লানাশিং অসি ইবা লাইরিক কয়া অমা মীযাম্না পাক্লা শন্ন খংলমখি। অযাম্বা মতমদা লাইবিকশিং অসি ভ্রাণ্ডগী অকনা অথৌশ গী মখোইনা ফবমদতা ইবা ওইনা তৌই, পদা অমদি বারেং ঈশৈ খোমদুনা ইবা ওইনা তৌবনা চিনথা পুদা যাম্না খুৎলোয়বমই। মতুং অদুদা ইবমবা সাহিত্যগী শরুক অযাম্বা থৌওইনা গদ্যনা মতং তানা ইনবমদে। যাম্না লুনা ইবা ভারবাদি সংস্কৃত অমদি পার্শিয়াগা লোন্দা ইবমই; চর্চা বন্না তৌবা মী খুদিংমক্না লোন অনি অসিমক নত্রগা লোন অমবুদি শোরদনা খংই হায়না খল্লবমই। লিবরা লোন অনি অসিনা লোনকোক ওইবমই, লোযনা লোন অনিসিনা লম লমগী(প্রদেশশিংগী) লোনবু চাওখৎহনবদা খুমাং চাওশিনহল্লমদে। লাইরিক অমসুং খবর কাগজ ছাপা তৌনবকপনা লিবরা লোনশিং অসিগী খোংফম মুংলৎপা হৌবকখি লোযননা লম লমগী লোন্দা যাম্না থুনা পদ্যগী মওংদা সাহিত্য কয়া ইনবকপগী লমজেন কন্না তান্নবকখি। মমাং তুংদা লৈরম্বা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবু মক ওইনা শ্রীরামপুরদা লৈবা ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুনা লম লমগী লোন চাওখৎহনবদা মতেং পাংলমই। ইহান হানবা ছাপা নমনবা ছাপাখানা মখোযনা লিংখৎখি; বাইবলবু পদ্যাদা ভারতকী লোন কয়াদা হন্দোকনবা মখোয়না হোৎনবদু নিংথিনা মহৈ য়ানখি।

নিংথিনা খংনরবা অমদি হান্নবা লৈজরম্নবা লোনশিং নৈনবদা থোইনা লুনা থোক্লমদে; তৌইগুম্বসুং থোইনা খংনবমদবা চাওখত্তবা লোনবু ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুনা লৌখৎপা য়াবর্মখে লৌখত্তুনা চৎনহনখি লোয়ননা ডেক্সনারি অমদি গ্রামাব ইথোক্লুনা মওং অমা তানবা শেমগৎখি। মহৌশা য়েলহৌঁদেগী চীংদা অমদি জঙ্গলদা লৈবকপা জাত্তিগী লোন মখোয়না কয়া নৈনখি লোয়ননা লোনশিং অদু ইবা য়াবা মওংদা পুথোকপীখি। বাইবলবু লোন খুদিংদা হন্দোকপা য়ানবা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুনা পাম্নগা লোয়ননা হোৎনবকপনা মাদুগী মহৈনা ভবতকী লোন কয়া চাওখৎহনখি। ভাবত্তা খৃষ্টান শন্দোক্লবা পায়খৎনবা থবক অসি থোইনা থাগৎনিংঙাই ওইদবনি অদুগা থাগৎপদা মতিকসু চাদবনি অদুবু মবম অসিদা অমদি লম লমগী লৈজবা লোনবু পুনশিল্লকপা অসিদি ভাবত্তা চাওববা থৌদাং অমা পাংথোকপীবনি হায়বদা থোইনা চিংননিংঙাই ওইদে।

১৮৩০ গী হৌগৎলকপা মতমদা (সংস্কৃততমক তমবীবা ইংলিস তম্বীদবা) কলিকত্তাদা লৈবা হিন্দু কলেজগী ছাত্র কাংবু অমনা বিফোর্স খবা তৌবীনবা দাবী তৌবমই; ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পেনিনা লাইবিক তমহনিংদে হায়বদু অচুম্বা মকনি হায়বদু উৎখি। কম্পেনিগী শাসনগী শক্তিদা অককনবা অমা থম্লবা, ফী হুন্দনা মীপুম খুদিং লাইবিক তমহন্নবা মখোযনা হায়জবমই। মীপুম খুদিং লাইবিক হৈহনগদবনি হায়বসি মমাংঙৈদগী হৌনা ভাবত্তা খংনবক্লবনি। য়াম্না ফত্রবসু নত্রগা কান্নবা ফংদ্রবসু লাইবিক তম্নাস চৎনবমই, অদুম্মদি ওইবগা লাইববা ছাত্রশিংনা শেনতিংদনা ওঝাগীদমক মপাঙ্গলনা নোম্না য়াবর্মখে নোমদুনা লাইবিক তম্নবমই। মসিগী মতাংর্দদি হিন্দু অমসুং পাণ্ডণনগী চৎনবীদি ইমান মান্নবমই। অনৌবা মহৈ মতমবী পাক্লা শন্না শন্দোকহল্লমদ্রসু মহৌশাগী মহৈ মতম্বীদি মকওইনা বেঙ্গলদা তোক্লবমই। বেঙ্গলদা বৃটিশনা শাসন পায়বকপা মতমদা খাজনা থিদবা লম ম্যুজিক যাম্না লৈবমই। মসি অয়াম্বনা মশাগীঙাক ওইনা তৌবমই। অদুগা অযাম্বদি লাইবিক তম্ফম স্কুলদা পীবা ওইনা তৌনবমই। অসিগুম্বা মওংদা হিংদুনা অহানবগী ওইবা মহৈতম্ফমশং (ইলিমেন্টর্বা স্কুল) মর্শাং লাকঙমদনা লৈবমই লোয়ননা অৱাংবা থাক্কী মহৈতম্ফমশং কয়ামসু অসুম্না লৈনবমই; অসুম তৌবসি মকওইনা পার্শিযাবোমদগী তম্লকপা নিয়মনি। ইংলণ্ডদা লৈবা শেন পুথোকপা (সিযাবহোল্ডব ওইবা) মীপুম খুদিংদা শেন পীননবা ইষ্ট ইণ্ডিযা কম্পেনিনা যাম্না থুনা শেন তার্নার্শিন্নিংলমই। কম্পেনিনা ডিবেক্তবশিংনা মসিগী মতাংদা লেপ্পা লৈতনা তকশিনখি। মবর্মাসিনা খাজনা থিদনা লৈবা লম (মবাদি) পুম্নমক লৌশিন্নবা চৎনবা যাবা পোলিসি অমা লৌখৎখি। লম পীবম্বগী চে-চাং যেংদুনা মদু প্রমান চাব চাদবা চের্কশিননা য়েংশিল্লমই; তৌইগুম্বসুং লিববা কুইববা সনদ অমসুং চে কয়া মাংখিবা তীলনা চাথোকখিবা কয়া যাওবমই, মুব্রাফি (খাজনা থিদবা লম)পুম্বা লৌশিনখি; মহৌশা পীবম্না চে চাং পুম্না লোযনা ককথৎলমই, স্কুল কলেজশিংনা ফংজবমবা খুদোংচাবা পুম্না মাংলমই। অসুম্না পাক-চাওববা লম লৌশিনখি; মহৌশাগী লৈবকপা ইমুং কয়া মুৎখি। মুব্রাফি (খাজনা থিদবা লম) শীজিন্নদুনা খুদোং চাবা ফংজবম্না লাইবিক তম্ফমশং কয়া'মা থবক (লাইবিক তম্বীবগী থবক) লেপখিবমই, ওঝা কয়া লোযননা মবী লৈনবা মীওই কযানা থবক থাদোকপা তাখি।

নিয়ম অসিনা জমিদাবি সিস্টেম মুখৎপদা তেংবাংলমই লোযননা জমিদাবগী মখাদা লৈবা হিন্দু, পাণ্ডন অতৈ মীওই কযাবু তেংবাংলমই। কাংবু নাইনা, পাণ্ডণ্না হিন্দুদগী হেন্না জমিদাবগী মীওই ওইবনা পাওন্না খিৎ হেন্না শোক্লমই; অদুগা মুব্রাফিগী খুদোংচাবা লৌবসু মখোয়না খিৎ হেল্লমই। লল্লোন, ইতিক অমদি থবক তৌবা (মীগী নত্রগা সবকাবগী থবক তৌবা) মযাইওইবা কাংলুপকী মীওই অসি তিন্দুনা মশীং য়াম্বা খিৎ হেল্লমই। অসিগুম্না মীওইশিংদি অহৌবা অঙোংবদা লাইনা চুশিন্নখি লোয়ননা মশা মশানা পাম্না ইংবেজি তর্মখি। বৃটিশকী মখাপোন্না থবক তৌহনবা য়াবনা মখোয়দি বৃটিশতসু যাম্না কান্নখি। পাণ্ডনদি ইংবেজি তম্মু য়াখিদে; মহৌশা নিংথৌ ওইবম্না কাংবুগী (পাণ্ডন কাংবুগী) মচা মশুনা নৌহৌননা ওৎলকপা য়াই হায়না বৃটিশনা চিংনবনা বেঙ্গলদা লৈবা মখোয়বুদি বৃটিশনা থৌ-ওইনা তৌবমদে। মীখা পোন্না বৃটিশ সবকাবগী থবক তৌবা হৌগৎনবকপদা বেঙ্গলি-হিন্দুশিংনা নমনা মোনোপোলি তৌবমই। মখোয়বু উত্তবপ্রদেশতা থাখি। মহৌশা লৈবম্না পাণ্ডন ইমুং মনুংগী মচা-মশু খবদি মমৈথংদা সবকারগী থবক চংখি (লৌশিনখি)।

ইংলিস সাহিত্য, ইংলিস স্কুল পাম্নবকপা, ভাবত্তা লৈবা মীওইগী পুন্সি লেম্নবকপা নিয়ম অমদি চৎনবোন হুলানবা, অমদি বাজনিতিগী বিফোর্স পাম্নবকপা অসি পুন্না, ইংবেজি তম্বনা ভাবতকী ওর্মখৈ য়ৌনা য়ৌনা মাইকৈ মবি শিনবা থুংনা শন্দোকখি। বাজনিতিগী ইহৌনা অনৌবা থবক তৌবা কাংবুনা লুচিংলমই; অসিগুম্না বাজনিতিগী ইহৌনা সবকাবদা মখোয়গী মীহুৎ থাবা হৌখি। ইংবেজি মশীঞাং ওইবা অমদি থবক তৌবা ইংবেজ লৈবনা কাংবুনা অনৌবা মী কাংবু অমা ভাবত শিনবা থুংনা শেমগৎখি; নোংচুপ (মাইকৈ) হীবগী ব্রাখল অমসুং লিচৎ-শাজৎনা মচু শংখিবনি অতৈ মীযামদগী মখোয় কাংবু অসিনা তোপ তোপ তানা লৈবমই। ১৮৫২দা কলিকতাদা বৃটিশ ইণ্ডিয়া এসোসিয়েসন লিংখৎখি। এসোসিয়েসন অসি ইণ্ডিয়ান নেশন্নেল কঙ্গ্রেসকী লমযানবাশিংগী মবক্তা অমনি, ১৮৮৫ দা কঙ্গ্রেস লিংখৎত্রিঙৈদা মীবোন কয়াগী মী পন্নমক্লা (এসোসিয়েসন শেমদনা) লৈবমই। ১৮৫৭-৫৮ গী লালহৌ, মাদুবু লাকশিনখিবা অমদি মদুগী মহৈ ফংবগী মতমদা অহাংবা মতাং তাংকক অসিবু মেনশিনখি। ইংলিসকী বাখল অমদি সাহিত্যনা বেঙ্গলদা লৈবা অশিংবা গ্লান লৈবা মীশিংবু (মক ওইনা হিন্দুশিংবু) খুদুম চনশিনখিবা লোয়ননা মীশিং অসিনা বাজনিতি অমদি সংবধানগী বিফোর্সগী মতাংদা ইংলণ্ডদা চঙ্গনা যেংখিবা (মতৌ তমগদবগী ঙাইদুনা লৌখবা) অদুগী অতৈ মফমশিংদনা লালহৌগদবগী পুক্লিং লৈতাদবা লৌখবা অসিগুম্না থৌওং অসিনা, চাহ অসিগী মযাই চল্লকপদা অৱাং, মযাই ভাবতকী লমগা বেঙ্গলগী মবক্তা থিনা যেংনবা অমা পুবকখি।

বৃটিশকী শাসন অমদি নোংচপ লমগী ইথিন অতৈ লমদগী বেঙ্গলদনা ময়েক লানা শেংনা টর্গান। লম মখল খাইদোকপগা লোয়ননা শেনথুমগী বেট খাইদোকপা লোয়শল্লমই, অদগা মতৌশা লৈবম্না জমিদাব কাংলুপ মপুংফানা নংখি। জামিদাব মহুত্তা মীপুম খুদিংমক্লা লমগী মপু ওইবা ভর্মখি, তিংনবগী অমদি চৎনবকপগা মতংইঙ্গা তার্মানা মীওইশিংনা লমগী মপু ওইবক্রুবান লোয়ননা ঙাক্লি। তোঙান তোঙানবা মওং নৈহৎপিবনা অমাদ চাকতাংবনা লৌমীশিংনা অবা কোঙ্গাই নংলমই, মসিনা লৌমীশিংবু নংথহল্লমই। থবক শুবা কাংবু মপুংফানা মুথৎখি। অসুম্না তাগা লৈজবম্না যুম্ফম থুগাযখিবা মুথৎপিবনা বৃটিশকী লানগী মহৈ ওইনা অমদি মদুগা মবী লৈনবা তোঙানবা মওং কয়াগী অনৌবা কাংবু অমাদ কাংলুপ কয়া থোবকখি। বটিশনা লল্লোন ইতক তৌবিঙৈদা কল কাবখানাগী থবক তৌবিঙৈদা তশেংনা ময়াই ওইবা কাংলুপকী ওইবম্না মীওইশিংনা মখোযনা শুবম্না থবক্কী লৈহৌবা লেমহৌবা পোৎ যোন্দুনা শেন্দোং তানবা মননাই লল্লোন ইতক তৌবা লল্লোনবা মী কয়া অমা থোবক্লমই। ইংবেজি হৈবনা কাংবুনা মীখা থানা সবকাবগী থবক তৌনবমই, ইংবেজি তম্নৌবা, ইংবেজি হৈনবনা মশিংঙ্গাং ওইবনা কাংবু অমদি সবকাবগী থবক তৌবা কাংবু অনিমক্লা বৃটিশকী শাসনা চাওখৎনমদা খুমাংচা ওশিলহল্লি হায়না থল্লমই, নোংচুপ লমদমগী বাখলনা তোঙান তেঙানবা থাক্তা কাংলুপ অনি অসিবু মুশ লশ্মা। হিন্দু সমাজগী নিতি নিয়ম অমদি সমাজগী চৎনলোনগী মযোঙা লাম্ভেংনিংবগী ইহৌ অমা কাংলুপ অসিগী মনুংদা হৌবকখি। সাহেবশিংগী লিচৎ শাজৎ চৎনবোনবু মখোযনা অবাংবা থাক্কী ওইনা লৌবমই।

বেঙ্গলদা লৈবা হিন্দুগী মবক্তা অবাংবা থাক্তা লৈবা কাংবুনা হায়বিবা মহৈগী মমি তাখি। মথম অদুদা লৈবা হিন্দু সমাজ অয়ামবদি মসিনা কাবিসু তৌবা য়াবমদে, অদুম্নদি শৈবগা হিন্দু লুচিংবশিংনা হিন্দু সমাজগীদমক কাবিমতা শষ্টবীবমদে। থবমখৈ নত্তনা পাণ্ডুন মখৈনসু যাবমদে, নৌনা ইংবেজি তমখংনবকপদু মখোযদি য়াওবমদে নাইথৈবমই। মতৌশাসু শেষ্টমগী থীবমদা মখোযদি শোঞ্চনা লৈবমই, অদুবু তৌজিক্লা থোয়না হেন্না ফংচল্লকত্রে। তবামাপল শুবা চাদা বেঙ্গল মনিংচৎনবা হিন্দু কয়া থোবকখি; মতম অদুদা তোমথিন তানবা কাবগুম্না মখলগী বেঙ্গলি পাণ্ডুন অমা ফাওবা থোবকখিদে। (বেঙ্গলদা লৈবা) প্রজা মীযামবু মিৎযেং অমতগী নখাদ গেবনা হিন্দু অমসুং পাণ্ডুনগী মবক্তা অসিমক ওইবে হায়না ঙাই পইবা যেংনবা অমতা লৈবমদে; শাজত্তা যুম্ফম কৈবান্দা, লোন্দা বাঙাংশাঙাদা, মখোযগী অপুনবা সম্পত্তিদা অমদি অবাঅনংদা মখোয়গী মবক্তা কবিগুম্না মখলগী যেংনবা অমতা লৈবমদে। বেঙ্গলদা লৈবা হিনদু অমসুং পাণ্ডুনগা মবক্তা ধর্ম্মদা অমদি অতৈ হীবম কযাদা যেংনবা কবিমতা লৈতবগুম্না ভাবতকী অতৈ মফমদা উদে। সমাজদা য়াম্না তোম্না লৈবা হিন্দুনা চাদা ৯৮ লোমদি পাণ্ডুন ওনখ্রবনি। মীকোক মীশিংদা হিন্দুগী পাণ্ডুন মশীংনা খবমখৈ যাম্না হেল্লমই। (ঙসিমক বেঙ্গলদা লৈবিবা মীশিংগী চাংচৎ অসি চাদা পাণ্ডুন্না ৫৩, হিন্দু ৪৬ অতৈনা ১ নি)।

বেঙ্গলদা হেনবকইবা, বৃটিশকা মরী হেক লৈনবদা থোক্লকইবা ইবাং মকওইনা তোঙান তোঙানবা শেষ্টুমগী ফীবমগী ইহৌ, সমাজগী বাজনিতিগী, জ্ঞান লৈবা কাংবুগী ইবাং-ইহৌ ভাবতকী মফম অতৈদসু থোক্লবকপা উবমই; তৌবদবু অথোই অহেন অমদি চাংচত্তা অদুক খেন্নবতনি। জমিদাবি সিষ্টেম ফীবমগী কায়থবকপা শকক মপুং ফাদ্রবসু ভাবতকী মফম পুম্বদা চাং ওইনা কায়থবকপা অসুম হেনগৎলম্মী। তশেংনমক লাম্ছেংনববদা, মচেৎ কয়া থোক্লা থুগাইবফাওবদা খবমখৈদি লিৎথোক্লনা ঙিংহৌবি। কলচবদা অমদি শেষ্টুমগী মতাংদা অৱাং ভাবত্তা লৈবা পাওওল্লা বঙ্গালা লৈবাক্তা লৈবা ধর্ম্ম তিন্নববা কাংবুদগী থোইনা হেন্না মকোক থোংই; নোংচুপ হাবমগী লাইবিক তম্বদগী য়াম্না থাপ্তোপনা মখোয়না লৈ। হিন্দুশিংনা অসিগুম্বা লাইবিক অসি কন্না অদুক্কী মতীক তমইবমখৈ নোংচুপ হাবমগী ঈথিন ইবৈমা মখোয়বু অদুক্কী মতিক লাইনা চেন্দুনা পুখিবমই। পাওওনদগী হিন্দুনা মীশিং হেন্না মীখা পোন্না সবকাবগী থবক তৌবমই লোযননা মসিগী শিনফমদা চংশিল্লমই। অদুগা পঞ্জাবতদদি শেৎনবিবখৈ উরমদে।

১৮৫৭ কী লালহৌনা পাক্লা শন্দোকখি অদুবু লালহৌ অদু লাকশিনখি। তৌইগুম্ভসুং লালহৌ অদুনা বেঙ্গলদদি য়ৌখিদে। তরামাপল শুবগী মনুংদা নৌনা ইংবেজি তম্নবা কাংবু মকওইনা হিন্দুশিংনা ইংলগুবু হবাওনা সম্মান তৌখি, ইংলগুগী মতেংনা চাওখৎপমখৈ য়ৌগনি থাজখি, মহাক্কী (ইংলগুগা) মবী লৈনবনা মীকোক থোংবা ঙমগনি নিংলমই। মমাংঙৈদগী হৌনা বঙ্গাললোনগী কলচব লৈবক্লবনি লোযননা শিংথানবা য়ানা চাওখৎলবা, বেঙ্গলদা লৈবা লময়ানবা কয়ানা ভাবত্তা বাজনিতিগী লুচিংবা ওইনা চোংথোবকখি।

মতম অদুদা বেঙ্গলদা লৈবা মীশিংগী ৱাখল থুমহৎখিবা অমদি মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনবক্লনা সমাজগী চৎনবীগী মাযোক্তা ইবাং হৌহনখিবা ৱাখলবু লিচিং অমতা ওইনা চিংখিবা ইংলগুবু থাজখিবগী বাবীগী শকক খবদি ববিন্দ্রনাথ ঠাকুবনা তাইবংপানবদগী বিদায লৌগন্দবা থাবুম খবদা মঙাইশিল্লকবদা মাগী মবিফুতবা শুবা পোকপা নুমিৎ (মে, ১৯৪১) মহাক্লা পীখিবা পাক শন্না তামখ্রবা মাগী পাওজেন্দগী ফংবা য়াই। মহাক্লা হায, 'ঐগী মাংদা তৌখিবা, ঐহাক্লা চাওবকপগী ইশাগী ইতিহাসতা ইমিৎমক্লা উখ্রবা, শাংলবা চহি কয়াদা, ঐহাক-ইশামক্তদা অমদি ইবৈবাক মচা কয়াগী ৱাখলদা থোকখিবা, তমথীববা অৱাবা থোবকনবগী মক্ত শুল্লবা মবম অমা থোখিবা অদুগুম্বা অতোংবা অদুনা, ঐহাক্লা হঙ্গৎনা যেংখৎপদা, ঐঙোন্দা অঙকপা অমা পোকহনখি।'

মীওইবনা খুন্দাববা হেন্না পাকচাওববা পৃথিবীগা ঐখোয়গা মবী হেক লৈনবকপগা, নুমিৎ কযাগী মমাংদা ঐখোযগা শকখং মাইখংনবকপা বৃটিশকী মীওইশিংগী মতম অমতদা থোকখিবা ইতিহাসকা মবী নক্লা লৈনৈ। ঐখোযগী ভাবতকী সমুদ্র মপান্দা নৌনা লাকইবা মীওইশিংগী মবীদা ঐখোয়গী ৱাখল অমা পোকইবসি, মকওইনা মখোযগী পাকচাওববা সাহিত্যগী মপান্না মতম অদুদা ঐখোযদা পীবম্না লাইবিক মতম্বী অদু জ্ঞান তানবগী মপুংফাবা অমদি মপুংফানা অওনবা অমা পুবকপা নত্তে, অদুগা বিজ্ঞানীক্কী ওইবা থীজিনবা অমদি অচুমবা পুবকপসু নত্তে। মবমদি মখোযনা লাইবিক তমহনবগী উদেশতদি চেকশিন্না অককম্বনি; মতমদুদা লৈবম্বা লাইবিক হৈবদি চম্না মখোযগী লোন খংনবা মখোযগী লাইবিক পাবা ঙমহন্নবনি। মেকাউলিগী লোয়বা নাইদনা শা খ্রবা ৱাহৈ পবেংগী বার্কেগী লৈশি লৈথোল্লবা ৱাঙাংগা লোযননা মতমদুগী অহিং নুংথিন ৱাঙাংদুনা লেনবনি। সেক্সপীয়াবনা ইবা ড্রামা, বাইবোনগী পদ্য পুম্নমক্কী মথক্তা তবামাপল শুবা চাগী সাহেবকী বাজনিতি' মতাংদা থম্মোয চাওনা নিংতম্বা তানখিবা অদুনা মকওইবা মবম ওইদুনা নৈনদুনা অহিং নুংথিন লেপ্লবমই।

মতম অদুদা অহনবা লৈতনা হোৎনদুনা জাতিগী নিংতম্বা ফংনবা হোৎনববসু ইংবেজি জাতিগী পুকচেন চাওববু ঐখোযনা থাজনবমই। ঐখোযগী লুচিংবশিংগী মপুক্তা থাজনবিবা অসি অসুক্কী মতিক চেৎনা মবা তাখিবমই মদুদি মাইথীববা অসি অসুক্কী মতিক চেৎনা মবা তাখিবমই মদুদি মাইথীববা কাংবুগী নিংতম্নবগীদমক লানগুম্বা কাংবুনা মখোয়গী থৌজান্না চাওনা লম্বী যানবীবমগনি হাযনা মখোয়না আশা অমা পোকহল্লমই। দণ্ডিদগী নাম্থোক্লনা মখোয়গী মবৈবাক্তা চেনখিবা কাংবুদা মতম অদুদা ইংলগুনা চংজফম পীখিবনি। থাজনবিবা অদুগী যুম্ফম ওইবমই। মবৈবাক মচাশিংগী ইজৎ ঙাক্লবগীদমক মথৱাই থাখিবা বাজনিতিগী মীওইশিংদা সাহেবশিংগী মফমদগী তবাম্না ওকপবু পীখিবমই। সাহেবশিংগী লমচৎ শাজত্তা

য়াওবা মীওইবগী ফজবা ৱাখলনিতিগী চুম্লবা প্রমান্না ঐহাক্পু শুন্দাৎলমই। মরম অসিদগী খ্বাইদগী ৱাংবা ইকাইখুম্নবগী থাক্তা ঐহাক্না মখোযবু থম্লমই। মখোয় জাত্তিগী ওইবা লমচৎ শাজত্তা উবিবা পুকচেন চাওবা অদু নিংথৌ ওইবগী নাপলদা উবা ফংদে। মতম অসিদা ইংলণ্ডদা অঙাং অমা ওইনা লৈবিঙৈদা পার্লিয়ামেন্টতা অমদি মপান্দা জোন ব্রাইটনা ঙাংপদু তাবগী খুদোংচাবদু ঐহাক্না ফংলমই। থম্মোই চাওববা, নিংতম্বগী চুম্লবা য়ুম্ফমগী মতাংদা মহাক্না ঙাংখিবা মহাক্কী ৱাহৈ অদুনা জাত্রিগী পুকচেন পীক্লবা পনখৈ লান্না নমহৎখিবনা ঐহাক্কী পুক্লিংদা অচেৎপা ৱাখল অমা পোকহনখি; তৌবিমল খংদ্রবা খাজবা পোকহন্দ্রবা মতমসি ফাওবদা ৱাখল অদুগী শকক খবদি ঙসিফাওবদা ঐহাক্কী ৱাখলদা কাওঙমদবি।

ঐখোয়বু শাসন তৌবিবা কাংবুগী খৌজান মখাদা তমথীনা মীখা পোন্দুনা লৈবিবসি তশেংনমক চাওসাকপা ঙাই ওইদে। মীবৈবাক মচাশিংগী মফমদা ফাওবা উৎলবা মীওইবগী পুকচেন চাওথোকচনিংঙাই ওইববু ঐখোয়না মশাক খংলক ঐখোয়গী পুকচেন চাওবা লিচৎ শাজৎ অসিনা শিংথানবা যাববদি খ্বাইদগী ফবা খ্বাইদগী পুকচেন চাওবা ঈশ্বরনা পাওইবদা পীবকপা মনা অসি তোপ তোপপা জাত্তি নত্রগা লৈবাক অমগীত ওইনা খাক্কুনা থম্না যাবা নত্তে; মসিগী স্কোপ অরকনাবা যাদে লোযননা মসিবু লৈনুংদা লৈবোনচন্দুনা থমইবা অবিকপগী মবন ওইনা লৌবসু য়াদে। হৌখ্রবা মতমদা ঐখোযগী পুক্লিং লৌশিং ওইহল্লম্বা ইংবেজি সাহিত্যনা ঐখোযগী থম্মোইগী কাচিন কোযা য়ৌনা মদুগী খোল্লাওগী মকওইবা শনক কাবগী কবম্না যৌহনখিবগে হাযবদো অসিননি।

জাত্তিগী মতম কুইনা চৎনবকলবা চৎনবীনা ফোংদোকইবা চপ চাবা শাজৎ লিচৎ ' মতাংদা ভাবওকী ওইবা তমজনিংঙাই ওইববু ঠাকুরনা পল্ল পল্লদুনা চঙবকাল। "স্বদেশতি অমদি দৃশবর্তি তৃবেন অনিনা নাকনা অনিদা কোযশিন্দুনা লৈবিবা ব্রহ্মবর্ত কৌবা মবাক চপনা শাংলবা লমদা অমদি অসুম্না কোযশিন্দুনা লৈববা জিওগ্রাফিগী লমদা, মশানা পীনচববসু তম্না ইকাই খুম্নবকনবা সমাজগী চৎনবী অসি হৌখি অমদি নিংথিনা চঙবকখি। মীবোন কযাগী মতুংদা সমাজদা তনথীববা শকতম লৌবকইবা, ব্রহ্মবর্তদা, মদুনা পুথোকখিবা শেমগৎখিবা "চুম্লবা শাজৎ-লমচৎ"গী ওইবিবা ৱাখল অমসুং ভাবপু মতৌ কনম্না অবানবা অওইবা শাদুনা খজিক খজিক নমথখিবগে হায়বদু মদুনি।

ঐহাক্না অঙাং ওইবিঙৈ মতমদা ইংবেজি তমলুববা, লাইবিক লাইশু হৈববা, খন্ন-নৈনবগী হীনমদা চংশল্লনা বেঙ্গল কযাগী বাখলগী ফীবেপ্পু, সমাজগী কল্লবা নিয়মগী মাযোক্তা লালহৌগদৌবে হায়না মবান শিবমই। লমচৎ শাজৎকী নিযম কযা অসিগী মতুত্তা ইংবেজি ৱাহৈনা মহুৎশিল্লবা "সিভিলাইজেসন" হাযবা ৱাহৈগা ফিদমফম্মু এখোযনা লৌবমই।

ঐখোয়গী ইমুংমনুংদা, চুম্না চম্ন মবম চাবগীদমক অমদি লমচৎ-শাজৎ শেম্বদা লাযবা পাঙ্গল কলহনবগীদমক লাকলিবা অহোংববু ঐখোয়না য়ানবমই, পাম্না লৌনবমই; ঐখোযগী পুন্সিগী খোংথাং খুদিংদা মসিগী মপাঙ্গল অমদি নৈতৈ পাবা ফংই। সাহিত্যগী মতাংদা পুক্লিংদা অশাওবা খোযবাং খোইশাওবা পোকহনবা অসিগুম্বা মতমদা ঐহাক্না পোক্লবনা ঐহাক্কী থম্মোইগী কাচিন্দা মহৌশাগী ওইনা ঐহাক্না ইংবেজিবু মফমচানা থমজিনখি। অসুম্না ঐগী পুন্সিগী অহানবা শরুক মতাং লেনখিবমই। জাত্তিগী ওইবা, মশা মশানা জাত্তিগী মবমদা ৱাহং কযা হংনবকপা মতমদা অমদি সভ্যতাগী খ্বাইদগী ৱাংলবা অচুম্ববু খংলবা কাংবুনা কয়া য়াম্না লায়না দাগুগী ৱাখল কাওথোক্কুনা অচুম্না'উবা থাদোকদগে হাযবদু ঐহাক্না লেম্না লৈতনা থিংজিনবা মতমদা অবানবনা অচুম্বগী শক্তম নমহৎনবা অৱাবগী মশক ওইববা ৱাখলগা লোয়ননা হান্নগী লম্বীবু থাদোকপা হৌখি।

# তরেৎশুবা পন্দুপ

## তরেৎশুবা তাংকক

# ১৮৫৭ কী অচৌবা লালহৌ/জাত্তি-থৌদাং

বৃটিশ শাসন্না চহি চামবোম শুজিল্লকপদা বেঙ্গল মশামক বৃটিশ শাসন্দা চুশিনগ্রে; চাকতাংবনা লৌমী পুম্না হাহাকাব লাওখি, লোয়ননা শেম্মুমগী অন্নাবা অকমবনা কোকথক্তা নম্ভখি, অনৌবা ৱাখন্দা তাওববা অশিংবা জ্ঞান লৈববা কাংবুনা ইংরেজিশিংগী থৌজান মিৎয়েং মখাদা চাওখৎপা ফংগনি হায়না আশা তৌদুনা নোংচুপকী খুনাইদা খৌবাংনা য়েংদুনা লৈবি। চাং হেল্লবসু নত্রগা ৱাৎলবসু খা অমসুং নোংচুপ ভাবত্তা, মদ্রাজ অমসুং বম্বেদসু অদুমণ্ডাই। তৌইগুম্লসুং অৱাং ভাবতদি বৃটিশ শাসনবু য়ানিংখিদে লোয়ননা মদুদা চুশিন্নখিদে; মফমদুদা লৈনা জমিদাব অমদি মখোযগী খোংলোযশিংগী মপুক্লিংদা লালহৌনিংবগী ৱাখল তত্তনা লৈবমই। মীয়ামগী মপুক্তা পেন্দবা অমদি বৃটিশনা তৌবিবদু যানিংদবা ৱাখল পাক্লা চাওনা শন্দোকখি। মপান লমগী ইকাই পীবা অমদি খাংবা ঙমদবা লমচৎ-শাজৎপু খবা ৱাংবা থাক্কী মীওইশিংনা জ্ঞান তানা য়ানিংখিদে; লৈবাক অসিগী খুন্নাইনা কবি খল্লিবগে হায়বদু মপুক্লিং চংদ্রবা মতম কুইনা চৎনবক্লবা লৈবাক্কী চৎনবীবু থৌশাবীদ্রবা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পেনীগী থবক তৌবা কর্মচাবিশিংগী থৌৱা শাদবা কা হেন্না শেন পাম্বনা সধাবণ প্রজাশিংনা অন্নাবা কোঙ্গাই মযোক্লবা তাখি। মশীং লাকঙমদ্রবা মীয়ামগী মথক্তা চলায়বকপা অপুনবা অচৌবা শক্তিনা মখোয়না মকোক ঙাওহল্লমই, থিংবা ঙমদবা, খুদোংথীবা কয়াদগী মখোয়না অন্নাবা নংলমই। লৈবাক সিগী লেনা অমদি চৎনবী বিচাবপতিনা খৎদবনা অমসুং মদুদগী যেৎশিন্নবা ভাব তাদবা কয়া থোবকপনা মখোয়না পুথোবকপা অনৌবা বিচাব তৌনবা নিযম্না অকীবা থৌদোক ওইনা থোকখি।

১৮১৭ হৌবকপদা বৃটিশকী শাসনগী কান্নগদবমখৈ থিন্দুনা তাকলবা তুংদা গভর্ণব জেনবেল লোর্ড হেষ্টিংদা ইবদা স্যাব থোমাস মোনবোনা হায়বমই, "তৌইগুম্বসুং অসিগুম্না খুদোংচার্বসি য়াম্না তাংনা লৈবগুম ফংলবদি। জাত্তিগী লমচৎ শাজৎ অমদি মী অমবু পীবা যাবা ইকাইখুম্নবা পীদুনা, নিংতম্ববু থাদোকহন্দুনা মসিগুম্না লৈববনি (ফংলবনি) ----- মবম অসিনা বৃটিশনা খুত্ত খুৎলাই পায়বদুনা ভাবতপু খুদুম চনবা জয় তৌবনা অফবা নুংঙাই যাইফবা পুবকপগী মহুত্তা লৈবাক অসিগী প্রজা পূম্নমকপু অন্না অনংগী ইপাক্তা থুম্বে। বৃটিশ ইণ্ডিয়াদা তৌবিবসে মখোয়গী মবৈবাক্কী লৈঙাক শাসন্দা লমসিগী মীওইবু কবিমতা য়াওহন্দবনা লৈবাক জয় তৌবগী খুদম অমতা লৈহন্দবগুমলে।

লৈঙাক শাসন্দা ভাবতমচাশিংবু যাওহন্নবগী মোনবোনা কন্না শৌগৎলমই। চহি অমগী মতুংদা মহাক্লা অমুক্তা হন্না ইবমই, "মীবৈবাককী লান্দাবশিংনা লৈবাক অসিগী খুন্নাইশিংবু নুংশিহৈতনা, তমথীবা অমদি চিংসাগা লোয়ননা লোয়নৈ। ঐখোয়না তৌবগুম্না ঐখোয় কনামতনা মখোয়বু থিনা লোয়নবা তৌদে। মখোয় যাওদবা কবিগুম্না থবক অমা পাংথোকপা য়াদবা মফম মতমদা, থাজবা য়াদবা মতিকচাদবা পুকচেন শেংদবা থবক তৌবদা মতিক চাবা অমা ওইনা কনা অমতনা থিনা তুক্কচনা হার্যাখবা তৌদে। থৌজাল হৈতবা নত্তনা নোল্লুক্তবা ওইনা তৌই; ঐখোয়গী শাসনগী মখাদা লৈবা মীশিংগী লমচৎ-শাজৎ মাংহনবা ওইনা তৌই। *

সিখশিংগা অনিবক লান শোকনববা মতুংদা ১৮৫০ দা বৃটিশকী লম, পঞ্জাব যৌনা শন্দোবকখি। পঞ্জাবতা সিখশিংগী লম শেমগৎলম্না অমদি শন্দোকলম্না মহাবাজ বনজিৎসিংহ ১৮৩৯ দা শিখি। ১৮৫৬ তা ওউদ লৌশিনখি।

গুউদকী নিংথৌনা মীখা পোনবা নিংথৌ ওইবনা অমদি মশাগী মপাঙ্গল লৈজদবা মতিক ওইবা নিংথৌ ওইবনা মাগী ফীবম চেত্তদুনা চহি চা তংখাই অমা বৃটিশকী শাসন মখাদা লৈবমই। অদুগা বৃটিশকী মীহুৎনা অয়াম্বা শক্তি পায়বমই। অরাবগী খমথেংলবা ইবোন্নুংদা লুপথখি লোয়ননা মীখা পোনবা ষ্টেট অমা ওইবগী মপুং ফানা ফত্রবা পুন্না ময়েক শেংনা উৎখি।

১৮৫৭ মে থানুংদা মেকত্তা ভাবতকী সিপাইশিংনা লালহৌবকখি। লোয়্না অমদি নিংথিনা শেমশাবগা লান হৌবনসু মবমচাফত্তবা হৌবকপনা লুচিংবশিংগী প্লান অদু মথক মথা ওনখি। সিপাই লান্মীনা হৌবকপদগী হেন্না কনখৎলকপদা মযাম্না পান্নবা লালহৌ ওইবকতুনা মনিংমখা তন্নবগী চাওবব লাঞ্জাও ওইবক্তুনা যাম্না থুনা লৈবাক শিনবা থুংখি। অসুন্না খ্বাইনা য়ান্নবা পান্নববা মীয়ামগী লালহৌবা অদু দিল্লি, ইউনাইটেড ষ্টেট (হৌজিক খ্বাইনা খংনববা), মধ্য ভাবতকী শকক অয়াম্বা অমদি বিতাব য়ৌনা শন্দোবকখি। মকওইনা জমিদাবশিংগী খোংলোয়গা লোয়নবা মীবৈবাক মচাশিংবু য়ানংদবা পেন্দবা ৱাখলনা শন্দোবকপগী খুদুং ইন্দুনা জামিদাবীগী ওইবা লালহৌনি। মপাঙ্গল অহন ওইববা শক্তি যাওদ্রবা মতমদু ফাওবগা দিল্লি সিংহাসন্দা ফমইবা মোগল শাগেগী হৌখ্রবা মাংলমচং কগাবু তশেংনমক হঙ্গত্তুনা নিংশিংনবমই। হিন্দু অমসং পা ডন আনিমক্কা লালহৌ অদুবু মপুংফানা শকক য়াবমই।

লালহৌ অদুনা বৃটিশকী শাসনবু চং লম্নমখৈ থাং মই অদুবু পাবতকী মতেংনা পুদক্কা লাকশিনখি। মীবৈপাকমাগী শাসনবু মুখৎনবা নিংবকাইবা ফাওবগী তংবোইবা থাবমখৈ হোৎনদুনা লাক্লাবা কুইনা লৈবক্কবা লৈবাকী শিংবক্কনা মপাঙ্গনব লালহৌদুনা ময়েক শেংনা মীমাং থোকনাখ। পাকচাওববা লৈবাক অসিগী প্রজাশিংগী মফমদা জমিদাব লুাংবাশিংনা মখোয়গী মানাংশি ংংখি, লৌইশুন্নসু নিংথিনা শেমশাহৌদবনা অমাদ শেমগৎ শাগৎপগী বাখল হান্না লৈহৌদবনা নত্রগা প্রজামীয়ামগা অপাম্নদু হংহৌদবনা মখোয়না কাবিস তৌবা ঙমখিদে। ইতিহাসতা চাওববা শকক অমা মখোয়না মাখি দ হায়ববু তুংদ থোক্কনইবা শকক্কা মখোয়গী খোংদাফম লৈখিদে। মখোয়না মীন্যাংশি উৎলবসু মখোয়গী মবক্কা অয়াম্বদি হেন্না মপাঙ্গল কনগাদবা মাইকৈবোমদা যাওশিন্দুনা লৌবা য়াবা খুদোংচাবগী থল্লমই লোয়নন কবম্বা মাইকৈনা মমাই পাক্লক্কদগে হায়না নামৎ কুপ্তুনা য়েংদুনা লেপ্লমই। ভাবত্তা লৈবা নিংথৌমচাশিংনা, মখোয়না তানজবিবা অমদি মখোয়না ফংগে হোৎনজবিবা অদুদা অকায়বা লাক্কদ্রা কখিবনা, নাথৈদুনা লৈনবমই নৎত্রগা বৃটিশপু মতেং পাংলমই। লুচিংবশিংগী মবক্কা মজাও ওইবা নত্রগা অমতা ওইনা পুনাশিন্নীংবা পুকচেন খোইজেন লৈতবগুম তৌবমই, জমিদাবি লইবগী খুদোংচাবদু ফংানংবগী আশানা মীবৈবাক মচাগী শাসন চুম্নতা পামদবা ওইনা তৌবমই, মসি তোনখ্রবা পুকচেন পীকখ্রবা খুদোংচাবা লৌনাংবগী ৱাখলনি।

গুবখাশিংগী মতেং বৃটিশনা ফংলমই, অদুগা সিখশিংগী মবমদসু কয়াদা ওকখ্রবনো, মবমদি শিখশি অসি মখোয়গী য়েক্কবা ওইবমই, চহি খবতগী মমাংদা মখোয়না শিখশিংবু মাইথীবা পীখ্রবনি। অসুম তৌদুনা শিখশিংবু মখোয়না খুদুম চনখ্রিবসি তশেংনমক বৃটিশশিংগী তৌবিমলান, অদুগা মতমদুগী শিখশিংগী তৌবীমল খংব্রা নত্রগা তৌবীমল খংদব্রা হায়বদুদি কনা কনাগুম্বাগী ৱাখলগী মখা পোনবনি। অদুমদি ওইবগা ভাবত মচাশিংবু পুল্লপ পুন্না পুনশিলহনবা যাবা মজা ওইবা ৱাখলগী অকনবা লিচিং লৈবমদে হায়বফাওবদি তশেংবা অমবনি। হৌজিক মতমগী মওংদা মজাত্তিগী ওইনাবিবা ৱাখলগী লিচিং লাক্তবা য়াদবনি, ভাবতকী অশেংবা নাংতম্ব ন নবা ভাবতনা চপ চানা খংদ্রিংদ মমাংদা অরাবা মমাদি নিংতম্নমদাইগী খমথেংবা অনাবা চৈথেং ভাবতনা মাযোক্কবা তাবমই। থাংখ্রবা জমিদাবী অমদি হান্না মা খ্রপা নম্মেগী নক খুংথোক্কা লাম্থেংনদ্রবসু নিংতম্বদি মশানা লাকযম থোকপনি।

লোয়্না লাম্থেংনবা হৈশিংলবা লুচিংবা খবা লালহৌ অদুদগী থোবকখি। দিল্লিগী বহাদুব সাহগী মাবমতা থোকপা ফেবোজ শাহ লুচিংবশিং অসিগী মনুংদা অমনি, অদুগা ময়ামগী মনুংদা খ্বাইদগী ফাওখিবদি টান্তিয়া তোনি, মাইগিবগদবগী মমিনা মমাইদা তত্তনা তাবক্কবা ফাওবদা বৃটিশপু মহাক্কা থা কয়ামকম ওৎনৈদুনা থমখি। মহাক্কী মীশিংনা মহাকপু মতেং পাংলক্কদ্রা তরাম তবাম ওকপিবক্কদ্রা নিংদুনা তুবেন লান্দুনা মাবাঠা লমদম য়ৌবকপা মতমদা কনা অমতনা মহাকপু ওকপীদ্রে অহোইননা বিশ্বাস খাটক তৌবীখি। ময়ামগী মবক্তা তোমখীন ওইনা ফাওখিবদি চহি কুনতমক ঙাইবিবা লৈশাবী লানসিংগী

বাণী লাক্ষ্মী বাইনি, মহাকপু ইকাই খুম্নবা ঙসিফাওবা নিংশিংনরী, মহাক্তা লানশোক্তা শোক্লনা লানফমদা মথৱাই থাখি। মহাক্তা ময়োক যাখিবা ইংবেজি জেনবেললনা মহাক অসি লালহৌবশিংগী মবক্তা খ্বাইদগী থৌনা ফবা খ্বাইদগী হেন্না ইচং তৌবা লুচিংবা অমনি হায়খি।

কানপুব অমদি অতৈ মফমদা মিউতিনি (সিফাই লালহৌ) বৃটিশকী নিংশিং তিঙ্গা কয়া শাদুনা থমখি। সিফাই মিউতিনিদা শিখিবা ভাবত মচাশিংগী নিংশিংহন্নবদি অমা থমখিদে। লালহৌবকপা ভাবতমচাশিংদি তমথীবা নুংশিহৈতবা লমচৎ শাজৎকী ওইনা মখোয়না লৌবমই, নিংথিনা নিয়ম অমগী মখাদা শিনখিদবনা মখোয়বু লাকশিনখি; বৃটিশনা হেন্না হাযজিন্দুনা বিপোর্ট তৌশিনবনা মখোয়বু তত্তনা শাওহনখি। ভাবত খুন্নাইগী থম্মোইদা থম্মোই শোক্তা পানবা শকক, দৃশ অদুগী মচেৎ অমদা য়াওখিদবদি নত্তে; ঐমক্কী ইবমদমদা অমদি সহব খুঙ্গং কয়াদা কাওবা য়াদনা নিংশিংনবি। হৌজিক মতমগী লানফম অমদি হিটলাবগী তমথীববা লানফমদা থোকখিবা তমথীনা ওৎনৈবা, নৌনা মীওইবনা খাংখিবা অদুদগী হেন্না তমথীনা মীওইববু থিনা তৌখিবা তমথীববা য়েংহৈদবা যেংউব উকবদা থম্মোই পুবা ঙমদবা দৃশ ওইবনা মসিপুম্বা কনা অমতনা নিংশিংনিংদে। হৌজিক্কা মবী লৈনদবা তশেংনা হৌখ্রবা থৌদোক ওইখ্রবা মতমতদা, মশাগী ওইবা মবমগা মবী লৈনদ্রবা অদুতদা থৌদোকশিং অদুবু কাওথোকপা ঙমগনি নত্রগা নিংশিংবা য়াই। মবী লৈনবীবমখৈ, কাওথোকপা ঙমদনা নিংশিংলিবমখৈ, থৌদোক অদুনা ভাবত খুন্নাইদা থম্মোইগী তকশি শোনবা ইহৌ তত্তনা পোকহন্দুনা থোকখ্রিবা থৌদোক অদুগী শক্তমবু ৱাখলগী মিৎযেংমাংদা মযেক লানা লৈবিবমখৈ নিংশিংবগী মবী তৎপা য়াবোই, ঐখোয ভাবত খুন্নাইদা মখৌ হাপকনি। থৌদোক অদুবু লাকশিন্নবা হোৎনবা মদুবু থাংগৈমকশেংনা মাংহনখিবা নত্তে অতোইনদুম মদুনা ৱাখলগী থম্মোইন্দা চেৎনা লূনা মবা তাহনখি। সাধাবন ওইনা চন্না খন্দোক্লবতদা মাদুগী মমি খবমখৈ শামখিগদবা মঙাই।

লালহৌবকপা অমদি মদুবু লাকশিনখিবগী মবমদা লান্না হাযজিন্দুনা, লান্না মবানশিদুনা মদুগী ইতিহাস ইখ। ছাপা তৌদুনা ফোংখিবা লাইবিক্কী লমাইদা ভাবতমচাশিংনা খনখিবা অদু কবিমতা ইদে। চহি কুপ্পবোমগী মমাংদা সভার্কবনা হিষ্ট্রী ওফ ডি ৱাব ওফ ইণ্ডিয়ান ইণ্ডিপেন্দেন্ট ইখি, তৌইগুম্বসুং লাইবিক অদু থিংজিনখি, হৌজিক ফাওবা থিংদুনা থমলি। ইচম চন্না ইকাইখুমনানিংঙাই ওইবা ইংলিস ইতিহাস ইবা মীওই খবনা কবিগুম্বদা মাইখুমদু লৌথোকখি, অদুগা জাতি অমগী থিনা ঙাওববা শক্তম লোয়ননা ৱাখলগী অপুনবা অমগী খুদুং ইন্না আইন য়াওদনা, বিচাব তৌদনা দণ্ড পীনিংবা সাহেবশিংগী ৱাখলগী শক্তম ঐখোযদা উৎখি। কাইযে অমসুং মেলসন্না ইবা "হিষ্টবি ওফ ডি মিউতিনি অদুগা থোমসন অমসুং গেবেটনা ইবা" বাইজ এণ্ড ফুলফিলমেন্ট ওফ বৃটিশ কল ইন ইণ্ডিয়া" লাইবিকশিং অসিদা যাওবিবা অদু পাকববদি মদু পাবদা পোক্লকপা অকিবা নুংঙাইতবনা অনাবা পোকহল্লি।" বৃটিশকী মাইকৈদা লেপ্পুনা লান শোক্লকদবা মচাশিংবু নিপী অঙাং হাৎপা মীহাৎপনি হাযনা মবান শিজিল্লি। ঐখোয়বু মাইপাকহন্নিংবা দিল্লিদা লৈবা সধাবন প্রজাশিংবু অমতা খাক্তনা পুন্না হাৎখিবা অদুবু ফোংনা লাওথোকই।" টিমুব অমসুং বাদিব শাহগী মতমশিংদু নিংশিংলমই অদুবু হৌখ্রবা মতম কযাগী মমাংদা থোকখিবা ওৎনৈবগী থৌদোকশিংদু নৌনা থোকইবা অকীবা ফংলবা ওৎনৈবদুনা খকক হাংদনা কুপশিনখি। অফিস খংনা চয়োল অমা চুপ্পা লুট তৌখি, তৌইগুম্বসুং লুট তৌবদু থা অমবোম হেন্না শংথহনখি অদুগা লুট তৌবা অদুগা ইবোইননা হলেংবা লৈতনা মী হাৎলমই।

ঐহাক্তা লৈবিবা সহব অমদি ডিষ্ট্রিক, এলাহবাড অমদি থংননা ডিষ্ট্রিক কয়াদা জেনবেল নেইলনা আইন য়াওদনা মলোম লম্মন খুম্নবা বিচাব তৌবা হৌবমই। প্রজা অমসুং সিপাইবু চপ মান্ননা বিচাব তৌবমই। চহি য়াম্না য়ামদনা, নিপা নিপী খাইদনা, মমিংদা ওইনা বিচাব তৌদুনা ঙম্না হাৎলমই। "অহল-লমন, নিপী, অঙাং খাক্তনা, হাৎলমই লোয়ননা লালহৌবগী মবাল লৈববশিংসু হাৎপকী দণ্ড পীবমই" হায়না ভগর্ণব জেনরেলনা কাউন্সিলবশিংগা তান্নদুনা ইংলণ্ডদা ইখিবমই অদুগা ঐখোয়গী বৃটিশ পর্লিয়ামন্টেতা খন্নদুনা রেকোর্ড তৌবমই। "ৱাখল তৌনা মখোয়বু ফার্সি তৌবমদে তৌইগুম্বসুং খুঙ্গং খুদিংদা শিত্রিফাওবা মৈ থাদুনা হাৎলমই – কবিগুম্বদা মবক মবক্তা কাপতুনা হাৎলমই।" পার্টিগী ওইবা ভলন্টিয়াবশিংনা ডিষ্ট্রিকশিং তান্না চৎলমই বিচাৱ চুম্বা অশেংবা জজ্জশিংনা অসিগুম্বা হৌদোকপা পামলমদে। অরানবা ৱায়েন

বিচাববু কবেম্লদুনা দণ্ডি ফংবা কাংবুবু শায ওইনা সৌদুনা হৈনৌপাম্বীনা ফার্সি শগায় ওই শামুবু অঙক ময়েক নিপান (৪) মান্না হৈনৌপাম্বীদা য়ানশন্দুনা ফাগী লাই কয়া যেক্তুনা কলাকাব অমা ওইবগী হৈশিংবা উক্তুনা অসিগুম্বা মখলগী ফাগী লাই কয়ামকম পুথোকপগীদমক ভদ্রলোক অমনা লাওথোকচবমই। কানুপব, লাম্মী, অমসু অতৈ মফমশিংদসু অদুম ওই।

মহাক্কী নুংঙাইজববা মবৈবাকমচাশিংনা ভাবতকী খবন্তা থনম্বা জেনবেল নেইলগী অশাবা মূর্তিনা ঐখোযগী ইগক্তা লুবাক্লনা যেংলি, লোযননা মতমদুদা ওইবম্বা, হৌজিক ফাওবা ওইবিবা বৃটিশ শাসনগী শেংলবা শক্তম মহাক্কা ওইনা থাংশাংনা শত্তোক্তুনা লেপইবা নিকোলসনজী অশাবা মূর্তিনা হান্নগী দিল্লিবু (দিল্লি অমনববু) কীর্হল্লি।"

হৌখ্রবা ইতিহাস অসি পনবদা হঙ্গোইব পোকই, অদুম্নদি ওইবগা থৌদোক অদুগা মবী লৈনবীবা বাখলগী ইথিন (নুংঙাইতবা পেন্দবা ব্রাখলদগী পোক্লকপা ব্রাখলগী ইথিন) মখোযগী (ভাবত মচাশিংগা) থানবদি য়াববোই। বাখল অদু হৌজিক ফাওবসু কোক্রি: খুদোংথীনা কবিগুম্বা খোবক্ল... ... মিন্থন কাংনবকলবদা, হন্না হন্না মদুগী অচম্বদু উবা য়্যা।। শ্বব অমসুং জালিন বলাগী থৌদোক পৃথিবীনা খ নলবনি অদুবু হৌজিক লৈবিবা মীবোন্দা নুংঙাইতবা বাখল ... কহাল্লবা, ঐখোযগী মতমদা, মতমদুদা থোকখিবা থৌদোকশিংবু অমদি সিফাই মিউটিনিগী মতাংদা থোকখিবা থৌদোকশিংবুদি ... নীব নতে। নিংথৌগী শাসন মখাদা লৈবা, মী অমগী ওইবা শাসনগী মখাপোনবা অফবা নতে লোযননা ... অমগা মখাপোনবসু অদুমগুই। নিংথৌপানবা অমসুং কাংলুপ নাইবা অনিপুনবনা অকীবা পোকহল্লে মমিখংদা ম... ... ওননবা পুম্নবু লৈখ তাইহল্লি। প্রজাগী পুন্সিবু শেগ্রা থুমহোদা হৈনহনবা, মশামক্কী ইতিহাস অমসু সাহি ... ... কাওথোকহনবা ভম্না মহাক্কী নিংথৌপানবা অমদি কাংলুপকী ওইবা শাসন্না মবম ওইদুনা মতম অমদা মী কোক খোংবগা ... ... ইলগুণ মতৌ কবম্না ... হাযদু ... ... চৈবক্কদবা ইংগ্লণ্ডগী ইতিহাস ইবাশি না ... য়াবোই, খ লক্কান।

মশক ফাওবা খংনবমদবগী হিটলাবনা ফাওবক্তুনা জর্মনগী ফীযুবব হেক ওইবকপদগী জর্মনগী মীশিংনা জর্মন নেশনেল শোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী) ন্যাজবগী নিউবি অমাদ মবৈপাক মজাত্তি নিংবগী মবমদা ঐখোযনা নিংথিনা তাবা ফংই। মখোযনা লৌবিবা বাজনিতিগী ফীবেপ ডোকাত্রন অদুবু খ্বাইনা য়ানিংদে অদুগা ভাসমকসু ইউনাইটেট নেশন্সকী লাচিংবশিংনা যাদ্রি। জাতি খায়বা অসি থাইনগী ওইবা ব্রাবীনি হাযনা থবাইপানবশিংগী মবমদা থিজিনবা অথং ঐহৈশিংনা ঐখোযদা হায অদুগা মসিমসু হায মদুদি জাত্তিগী মকোক্তা ওইদুনা থাইনদগী তৌনা কাযদনা চথবকপা হাযবসিমকসু শুকলৈ লৈবক্ত। তৌইগুম্বসুং বৃটিশকী শাসন্না হেক লৈবকপদগী (ভাবত্তা) ঐখোযগী তোঙান তোঙানবা মখলগী জাত্তি কযা লৈবে হাযবসি ঐখোযনা খংলে। কল অসিগী আইডোলোজিদি জর্মনগী মীকোক ওইবশিংগী অদুগুম্বনি; জাত্তিগী মকোক্তা ওইদুনা লাকপা অমদি শাসনগী শক্তমদ হাযবিবা আইডোলোজি অদুনা যুম্ফমনি; তশেংনমক জাত্তিগী মকোক ওইদুনা লাকপসি নিংথৌ মথ মথং ওইবকপগী সম্ব অদুমকনি। মসিগী মতাংদা লাননা হাযজিনবা, অচুম্বা শাবা কাবমতা যাওদে, মখোয়না হাযবনা অচুম্বনি হাযনা যানববা কাংবুনা ময়েক চুম্নবা যেৎলনিংঙাই লৈত্রবা ব্রাহৈনা মাস লাওথোকখ্রবনি। ব্রাহৈনা ইবোইনাববা ৫ বক্রা (৫ বক ওইনা চথবকপনা) চুম্নগী ব্রাহৈদগী মপাঙ্গল কনবা, মীবোন মীপোনগী মতুংদা, চহি চহিগী মতুংদা ভাবত অসি অাতে অমা ওইনা অদুগা ভাবতবাসী অসি মী অমা ওইনা বদনামতা তাদুনা, তুৎপীবদা নংদুনা, অমদি তুক্কচববা মিৎযে মখাতা লৈদুনা লাক্লবনি। ঐখোযদা হায, ইংবেজিশিংসে নিংথৌত ওইদুনা লাকপা ক্তত্রনি, ঐখোযবু ভাকশেংনবা ঈশ্বরনা মখোযদা শিন্নবক্লবনি অদুনা ঐখোযবু শাসন তৌবিবনি; ঐখোয়না যানিংদ্রবদি ঐখোয়বু নিংশিংহনগনি নিংথৌ ওইনিংবা জাত্তিগী মতাং তৌবা কৈগী মগুণ'। ভাবত মচা অমা ওইনা মসিপুম্বা ইবাসি ঐহাক ইতোমতা ইকাইজে; মবমদি মসি নিংশিংলুবনা ঐগী থম্মোই শোকহল্লি অদুগা অসুক কুইনা ঐখোয়বু নমথদুনা থমলকপাসিদা ঐখোয়না য়াবিবা অসিমক থোইনা হেন্না থম্মোই কাযনিংঙাইনি। মসিবু খাংদুনা লৈবগী মহুত্তা অতৈ অতোপ্পা মবম অমগীদমক খাংদুনা লৈবনা ঐহাক্কা পোযনা হেন্না নাই; মসিদগী হেনবা ওইনিংবা থোকনিংবা থোকসনু মদ্ ঐখোয় পজাপুম্না খাংবা তাবনি। ভাবতমচাশিং অমদি ইংলণ্ডমচাশিং

অনিমক্লা মসি খংজিনবদি ফবনি, মসি ইংলণ্ডনা ভারতকা মরী লৈনবগী সাইকোলোজিকেল ওইবা য়ুম্ফমনি অদুগা সাইকোলোজিনসু তাক্লি লোয়ননা জাত্তিগী ওইবা নিংশিংনবসু লোয়ররোইদবনি।

ভারত্তা লৈরম্বা সাহেব অয়াম্বনা করি করম খল্লম্বগে, তৌরম্বগে হায়দু খ্বাইনা খংনরবা, মতমদুদা ইরম্বা, শকক খজিক্তনা ঐখায়বু খংহনবা ওমগনি। ১৮৮৩, এলাবার্ট বিল এজিটসনা পুখোকপা মতমদা, ইণ্ডিয়া গভর্ণমেন্টকী ফোরেন সেক্রেটরী ওইরম্বা সেটন করনা লাওথোক্লমই 'ভারত্তা লৈরিবা, অচৌবদগী মচা ফাওবগী সাহেবশিং, অচম্বা বাঙ্গালাদা লৈরিবা চা-বাগানগী থবক তৌবা সাহেবশিং, প্রসিডেন্সি প্রোভিন্সকী ইরাং মমুৎ তানা খংলবা ইডিটরশিং, হায়রিবা ফম মচাগী সাহেবগীনা মরুওইবা প্রোভিন্সকী চীফ কমিসনার অমদা সিংহাসন্দা ফল্লিবা ভাইসরোয় ফাওবনা শরুক য়ারিবা মখোয়না পামলম্বা ফাদোকপীবা দণ্ডি তৌবগী নিয়ম মদুমক বিল অসিনা ঙাকপীদ্রে অদুগা লৈবাক খুদুম চনাশিল্লু লোয়ননা শাসন তৌরু হায়বা ঈশ্বরমক্লা থারক্লবা জাত্তিগী মীওই খুদিংগী অপাম্বা অনিংবা অদুবু বিল অসিনা থুগায়বীরে।'

## তরেৎশুবা পন্দুপ

### নিপানশুবা তাংকক

# বৃটিশ শাসনগী হৈশিংবা
# খল মান্নহনবা অমদি মান্নহন্নবা হোৎনবা

মবৈবাক মজাত্তিবু নুংশিজবগী শকক খজিক যাওববসু ১৮৫৭ ৫৮ গী লালহৌ অদু মকওইনদি জমিন্দাবীগী লালহৌনি। লৈবাক 'সিদা লৈবা নিংথৌশিংনা অমদি মকোক ওইবা জমিদাবীশিংনা অসিগুম্না লানফমদা লৈথোক্নুনা লৈবনা নবগা সাহেবপু কন্না মতেং পাংবনা লালহৌ অদুদ নৈখায়নবদা বৃটিশনা মাইপাকখিবনি। লালহৌবা যাওখবা কাংবুদ, নিযমগী মতুংইন্না, লৈজবন্না সন্ত্র ওইনা ফংফমগোকপা শক্তি, খুদোংচাববু বৃটিশনা ফংহনবীদ্রবা মুনবীথ্রবা মীওইগী কাংলুপ ডাক্লি নত্রগা মখোমদসু শোযদনা থৌবকপা যাউ চায়। চিনজেলা মীওইবগী কাংলুপনি। খবা চংনবকপা মাংনবনা মতৃংদা নিংথৌশিংবু লৌথোক্লবা, বৃটিশ শাসন খুদঙ্গা চলাযনবা নম্না, লেপ্লববা, বৃটিশ পোলিসি ওইখি। অদুবু নিংথৌ মচাশিং অমদি ডালুকদাব অমসুং জামিদাবগী যেংদুনা পোলিসি অদু খাজব শেমদোকখি। নিংথৌ, জমিদাব ডালুকদাবশিংগী মতেং লৌদুনা মীযাম লাকশিনবনা থোযনা হেন্না লায হাযনা খল্লমই। ওটবতা লৈবা ডালুকদাবশিংদদি মোগলশিংদা খাজনা থাবা (পীবা) লৌমী ওইবমই; অদুবু মযাই লেপ্পা অঙম্নশিংনা শোষ্টবকপনা মখোয়শিংসি ফিউডেসগী জমিদাবীঙাক ওইখি। খবমখৈনা লালহৌ অদুদগী নাম্লোকনবা লম্বী থিববসু মখোয অযাম্বদ লালহৌদি য়াওখি। লালহৌবদা শকক যাকববা ফাওবদা বৃটিশ সবকাবনা (খবমখৈ নওনা) মখোযবু মখোযগী হাননগা মফমদা হঞ্জিনহনখি; হায়বা ইনবা অমদি মথৌ নিংথৌনা পাংথোকপনা, য়ানবা ওইদুনা, মখোয মখোযগী লমদা মখোযব হঞ্জিনহনখি। অসুম্না ওইদুনা, মখোম মখোযগী লমদা মখোয়বু হঞ্জিনহনখি। অসুম্না ওউটকী বেবোন ওইবে হাযনা মশাবু মিংথোক্তবদা নাপল কাযব ডালুকদাবশিং অসিনা বৃটিশ সবকাবগী উখোংশিংগী মখোং কাংলুপ অমা ওইখি।

লৈবাক অসিগী শকক খবতমক (সিফাই) লালহৌবনা অপান্নমা শোকহল্লবসু, ভাবত অপুমবা মকওইনা বৃটিশনা শাসন তৌবা ভাবতকী লম শিনবা থৃংনা নিকহনখি। হান্না চৎনবন্না নিযমপুম্বা লৌহৌনবা শেমদোক্লবা সবকাবনা খবক পাযখৎখি, বৃটিশ ক্রাউন হাযবদি পার্লিযামেন্টনা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পেনীগী মখুত্তগী লৈবাক অসিবু লৌশিনখ; মিথা ওনিদা য়াওদুনা লালহৌবদা য়াওকবা ভাবত লাম্মীশিং ইনৌ নৌনা শেমদোকাখ। হান্নমা নিংথিনা শেমথ্রবা বৃটিশ শাসনগা নপম পুম্বা শেমদোক্তুনা পোফম তাহনখি লোযননা খবক পাযখৎপা হৌখি। মকওইবা মবমশিংদিঃ— বৃটিশ লৈহৌকলোন্দা যাওবিবা মখোয়গী ওইবা খুদোংচাবদু শেমগৎপা লোযননা ঙাকপা, তোঙান তোঙানবা চা-নদবা শকক মখৈ চা নহন্দুনা পোলাসবু চাং অমদা থম্বা; মখোযগী মবক্তা লৈবিবা তোঙান তোঙানবা কাংলুপ্পু তোঙান তোঙানবা খায়দোক্নুনা থম্বা অমদি মান্নদবা তোখায তাবা শককপু তোখায়না শেমদোক শেমজিনবা তৌদুনা অদুমক লৈহনবা অমদি থম্বদা থৌগৎনা।

নিংথৌমচাশিং অমসুং অচৌবা জমিদাবশিংনা বৃটিশনা খুদোংচাবা লৌনবগী মক ওইবমই; মবমদুনা বৃটিশনা মখোয়বু শেমগৎলমই, পুক্নিং থৌগৎলমই; অদুবু হৌজিক, বৃটিশ শাসনগা চেংনা চাশিন্নবা অনৌবা কাংবু অমা লিংখৎলক্লে। কাংবু অসিগী মনুংদা সবকাবগী কর্মচাবি, মহৌশানা, অপীকপা মীথাথাবা ফম পায়বা ভাবতমচাশিং যাওবি; হান্নগী

তঙাইফদ্রবা নত্তনা ভাবতমচাশিং থবক পীবমদে অদুনা মোনবোনা (ভাবতমচাদা) থবক পীনবা কয়া শৌগৎখি। থবক তৌহল্লিবা ভাবতমচাশিংদি বৃটিশ শাসনগী অমসুং কনগী, অসুক্কী মতিক থীনা, মখা পোন্না লৈবা তাখি মদুদি মখোয় অসি বৃটিশ কলগী এজেন্টনি হায়না থাজনবমই অমসুং এজেন্টনি হায়না লৌনবমই। সিফাই লালহৌগী মমাংদা সাহেবকী মখাদা থবক তৌবম্না ভাবতমচাশিংদি বেঙ্গলিনি। বৃটিশ সবকাবনা কেবানী দবকাব ওইরকপনা অতৈ অচৌবা প্রোভিন্সশিংদা বেঙ্গলি কেবানী লৌবগী থবক পাক্লা শন্দোবকখি; মসি সিভিল অমসুং মিলিটবিগী শাসন্সুনি। ইউনাইটেড প্রোভিন্স, দিল্লি অমদি পঞ্জাব ফাওবদা শাসনগী থবক অমদি মিলিটবিগী অফিসকী থবক্তা হাপচিনবা বেঙ্গলশিংগী লেংদবা লৈফম শন্দোবকখি। বেঙ্গলশিং অসিনা বৃটিশকী লাম্মীশিংগা ইবোই লোইনবম্মী, মখোয় লাম্মীশিংগী যাম্না হায়বা ইনবা কর্ম্মচাবী ওইবমই। লালহৌবা কাংবুগী ব্রাখলদা মখোয় অসি বৃটিশকী শক্তিগী তৎনথানবা লৈতনা লোয়নৈ নিংলমই, লালহৌবশিংনা মখোয়বু নুংশিবমদে লোয়ননা মখোয়দা অথবা মিংথোন পীবমই।

ফম মচাদা ভাবমচাশিংবু থবক পীদুনা শাসনগী থবক ভাবতকী ওইবা মওংদা শিনবা হৌখি, অদুম্নদি ওইবগা মকওইবা শক্তিদি সাহেবশিংগী মখুত্তা শিংখি। ইংবেজি তম্মীবা শন্দোবকপনা বেঙ্গলশিংতনা অফিসকী থবক তৌবম্বদু কুইবা য়াখিদ্রে ভাবতমচা অতৈসু চংশিন্নবকলে, লৈঙাক শাসনগী অমদি কোর্টকী থবক্তা। ভাবতকী ওইবা মওংদা শাসনগী পথাপ চৎথবকপনা বৃটিশ শাসন্দা মপাঙ্গল হাপলমই। প্রজাগী লাম্মী শেমগত্তুনা পল্টন কয়া মফর্মাশনবা থুংনা শাগৎলকখি, লানগীদমক ওইনা থম্বা সিফাইদগী মসিনা হেন্না কান্নবা পুবকখি। মজাস্তিগীদমক খনবা মবৈবাক যাইফহন্নবা থৌদাং যাবদা মথবাই পাম্মুবদা কযা অমা প্রজাগী ওইবা সিফাই মবকতা যাওবমদবা নত্রে, মশামতোমগী নিংতম্না পাম্বা, লানগীদমক থম্বা লাম্মীগুম মখোয়বুসু লাম্মীগী হোড অমসুং ডিসিপ্লিন (লানগী থম্বা লাম্মীনা চত্তবা য়াদবা নিযম আইন অদুমক) চৎনহনখি (মখাদা ফাজিন্দুনা থমখি), অসুম্না ফাজিন্দুনা হাযবইন্দবা, সিফাই ওইবদগী চেনখিবা অমদী পেন্দবদগী হৌবকপা যাহনখিদে। প্রজাগী ওইবা সিফাই শেমগৎলকপদা নত্তনা মশীং লাকওমদনা লৈবিবা মীযামগী লমচৎ শাজৎ শোকহল্লকপা অমসু ফৎচিনহল্লক্তবা ব্রাখল অমা থবক তৌনিংবা, সিফাই থন্নীংনবদগী পোকহনখি। (থবক তৌবশিংগীদমক) থবক তৌববা যাম্না চাওববোই নিংহনবা ইজৎ লৈবা ওইহনবা, পুন্সিবু ঙাকশেনবগী ব্রাখল পোকহনখি, থবক তৌবগী মতম (চহি) শুবগা পেন্সন পীবমই; মথক থোংবা অফিসাবনা হায়বা ইন্দুনা যাম্না ইকাইখুম্ননা লোযনববদি, লোয়বে, অদুগুম্না মীশক্তু, মহাক্লা ঙমদবা, নত্রগা অশোয়বা কৌবা লৈখিদ্রে। অসিগুম্না সবকাবগী কর্ম্মচাবীশিংনা বৃটিশ সবকাব অমসুং প্রজা অনিগী লংদায ওইবমই। অদুগা মথক থোংবদা মখোযনা কা হেন্না সম্মান উৎলবা, হায়বা ইল্লবদি মখাদা থবক তৌবা কাংবুনসু অদুদগী হেন্দোক্তুনা সধাবণ প্রজানসু অদুগুম্বা কর্ম্মচাবি অদুগী মখাদা মতিক চানা সম্মান তৌবমই, হাযবা ইন্নবমই।

সবকাবগী থবক তৌবগা অতোপ্পা থবক-থানা অমা তৌবগী ব্রাখল অমসুং আশা লৈহন্দবা লোযননা যুম্বান কৈবানগী ফীবম ফগৎহনবনা সবকাবগী থবক তৌনা হেন্না মকওইনা পামহনবা পোকহল্লমই। মী খবতনা উকিল নত্রগা ডাক্তব ওইবা ঙমলমই অদুবু কবিগুম্না উপায় অমা তৌদুনা তৌবিবা থবক্তা মমায পাকহল্লমদে। ইগুষ্টি কলকাবখানা লৈগুম লৈতগুম তৌবমই। লল্লোনবগী তোপ তোপ্পা জ্ঞান লৈজবা, মখোয় মশেন অমগা অমগা মতেং পাংনবা, মীবোন নাযনা লল্লোনবা পাকপা কাংলুপকী মখুত্তা, অয়াম্বা ওইনা, লল্লোন-ইতিক্কী থবক তাবমই। অনৌবা মখলগী লাইবিক মতম্বীনা লল্লোন ইতিক্কী, কলকাবখানাগী থবক্তা চান্নবমদে, লাইবিক মতম্মীসি সবকাবগী থবক তৌহন্নবগীওাক ওইনা তৌবমই। অতৈ অতোপ্পা থবক অমা তৌবা য়ানবা লম্মী লাইবিক মতম্মী অসিনা য়াৎলমদে, সমাজগী ওইবা তৌবা য়াবা থবকসু শুকলৈ লৈবমদে। সবকাবগী থবক্তুনা থবক ওইনা লৈবমই, কলেজশিংদগী গেজ্বয়েৎ কয়ামকম থোবকলমই, মখোয় পুম্নমক সবকাবগী থবক পীবা ঙন্নমদে, মবমদুনা সবকাবগী থবক ফংনবগীদমক অকীবাগী মশক ওইববা তান্নবা (শউক শউক যেংনবা) থোবকলম্মী। থবক ফংদবা গ্রেজ্বযেৎ অমদি অতৈ লাইবিক হৈবা কাংবুনা পাথোক্লা লৈবমই, অসুম্না পাথোক্লা লৈবসিদগী সবকাবনা মনিংতৌনা খনগত্তুনা (খন্দোক খাঞ্জন তৌনা) থবক পীবমই। মসিনা হান্না সবকাবগী থবক তৌদুনা লৈবা কর্ম্মচাবীশিংদা মখোযগী থবক্তা মবাচেৎহন্দবগী অকীবা পোকহল্লমই। অসুম তৌবসিনা, ভাবত্তা বৃটিশ সবকাবনা খ্বাইদগী চাওবা থবক পীবা মীওইব ওইবতা নত্তনা অতৈ খুৎশা হৈবা থবক্কী লমদা (বেলগীদমক্তা মবী লৈনবদসু) মখোযদা ঙাইববা অচৌবা

থবকপীওম্বা হায়বদু ওইখি। অদুগা শেঞ্জাও পায়বগীতা ওইবা থৌবাং মপান নাইদনা শেমগৎলকখি। হায়বিবা থৌবাংশিং অদুদা মখোয়তনা মকোক ওইবমই লোয়ননা মকোক ওইনা, চেকশিন্না, লাকশিনখি। লৈবাক অসিদা লৈবিবা বৃটিশকী ফীবম চেৎশিন্নবা, য়াম্নদবা তোখায় তানবা শকক থুগায়দুনা লৈহন্দবা, প্রজা মশেন য়েংশিন্নবা হেনগৎনবা সবকাবগী থবক ফংননবা পুক্লিং লাংতক্লনা য়েংদুনা কাংলুপ মশেন নুংশিনহন্দনবা মশীং লকওমদবা থৌশিন মখোয়গী শীজিনললমই। মসিনা ঐখোযগী মোবেল হন্দুহল্লমই অমসুং ঐখোযমশেন খৎনবা হেনগৎহল্লমই অদুগা সবকাবনা কাংবু অমদা অমুক অতোপ্পা কাংবু অমদা অমুক তোংশিল্লমই; অকা অকুম চাবমই। থক-খা ওল্লমই।

ভাবতকী লাম্মীগী মতাংদসু চান্নদবা তেমশিন্দুনা, মান্নবা চাংদা থম্ননবা পোলিসি, মনিংতৌনা শান্নবমই। কাংলুপশিংনা অমতা ওইনা পুনশিন্দুনা, মবৈবাক্কীদমক পুকচেন খোয়জেন তিন্নদুনা একতা পুবক্কদবা, রাখলগী ইথিনবু থুগায়নবগীদমক ভাবত্তা লৈবা প্রজা ময়ামবু কাংলুপ কয়ামকম থোক্লা মচেৎ মচেৎ তানা থুগায়নবা শীল্লমই। চীংমী, তম্মী, অতৈ কাংলুপশিংনা মাগী মাগী ওইবা কাংলুপতমক খন্নবা-নুংশিনবা অমদি মাগী মাগীত ওইবা শ্লোগান থোকপবু থৌগৎলমই। লাম্মীগা প্রজাগা তোখায় তান্নবা হোৎনবা যাবমখৈ হোৎনবমই, ইচম চম্বা খবব কাগজ ফাওবা ভারতকী লাম্মী সিফাইবু ফংহল্লমদে। ভাবতমচা অমতা কিংস কোমিসন যাওহল্লমদে; মক ওইবা থৌশাল পুম্বা ইংলিসমেন সাহেবশিংনা ওম্না পায়শিল্লমই। চহি কুইনা থবক তৌজবক্লবা, খ্বাইদগী হেন্না থবক খংহৈববা ভাবতমচা নন কমিসন অফিসাব অমদি ভিক্টোবিয়া কমিসন্নদা যাওবনা ভাবতমচা পুম্নগী মকোকতা ইনৌ নৌবিবা ফমসু পীক্লবা কেপ্তেনগী মখা ওইবা বৃটিশ অফিসাব হাপচিল্লমই। একাওন্টস ডিপার্টমেন্টতা (হিংসাপ শুবা লোইশংদা) অতোনবা কেবানীগী থবক নওনা আর্মী হেডক্লাটবদা (লাম্মীগী মকোক ওইবা অফিসতা) ভাবতমাবু থবক তৌহল্লমদে। লৈবাক ঙাকশেন্নবা ংগদবা লানগী মক ওইবা খুৎশু খুৎলায ভাবতকী লাম্মীদা শীন্নবমদে, মখোযবু পাযহল্লমদে; ভাবত্তা লৈবা বৃটিশকী লাম্মীতদা শান্নবমই, মখোয়গীদমক ওইনা থাক্লুনা থনমই। লৈবাক ইবাং তৌবা াকশিন্নবা অমদি প্রজাবু কীহন্নবা ভাবত্তা লৈবা মক ওইবা সেন্টবশিংদা লৈবা ইন্টবনেল সেক্যুবিতি ফুফ ওইবা ভাবতমচাশিংগা পলটন্দা বৃটিশ লাম্মী হাপচিল্লমই। বৃটিশকী মাওইনা মকোক ওইবা ইন্টবনেল আর্মীনা লৈবাক অাস ঙাক্লবা লাম্মী ওইনা থমলগা ভাবতকী লাম্মী অযাম্বদি ফিল্ড আর্মী ওইনা শেমগত্তুনা ভাবতকী মপান্দা (রাংমদা) থনমই। ভাবতকী লাম্মী অয়াম্বা স্পাসিযেল ক্লাসতগী মক ওইনা লান্তগা ইবোইমীননা লাকপা অবাং ভাবত্তগী লৌবমই।

বৃটিশ শাসন্দা চগুবকইবা অকাযবা ওাইৈনবদি ঐখোযনা ভাবত্তা হন্না হয়া উই। লৈবাক অসিদা বাজনীতিগী অপুনবা অমা পুবক্লবা, ভাবতকী নিংতম্বা পাম্বা লোযননা অমতা ওইবা একতা শেমগৎনবা অকনবা অনৌবা ঈহৌ অমা থোবকলে। এক্তা পুবকনবা হোৎনবসি বৃটিশ সবকাবনা থুগাযনবা হোৎনখি। অসুম্না থুগায়নবা যৈখাইনবা তৌবিবদু, বাজনীতিগী নাওংদা খন্নবগী মহুত্তা ভাবতপু মচেৎ কযানকম থোক্লা থুগাযনবা ওইনা তৌবমই। লৈবাক শিনবা থুংনা বৃটিশকী আইন চৎহন্নবগীদমক মবৈবাকনিংবগী ওইবা মচাক কযাবু শোম্বহন্নবা লাক্লবমই। হান্না লৈজবম্নদগী হেন্না, ভাবত্তা লৈবা নিংথৌপানবা লৈবাকশিংদা, হেন্না কান্নবা পীশিন্দুনা, হৌবকইবা ঈহৌগী ময়োক্তা লৈবা কাংবুদগী মতেং ফংনবা কাংবুশিংবু পুক্লিং থৌগত্তুনা, কাংলুপ মশেন য়েংশিনহন্দুনা অমগ অমগী রাখল লিচিং খেৎনহন্দবা, দেশ অসিদা ধর্ম্মদা অবি অনৌ নাযনা হোংদোক হোংজিন তৌববু থৌগণ্ডুনা অতোংবা অমা পুবকপনা অব্রাফমদা তাহনগান হাযনা কীহন্দবা মখোযগী (বৃটিশকী) মাইকৈদা লেপ্পা কাংবু অমা শেমগত্তুনা এক্তা ওইবগী কন্না ফুজিল্লকইবা ঈহৌবু থুদেকনবা অবেম্বদা হোৎনবমই। নিংথৌপানবা মীবৈবাকমচানা তৌফম থোকপা পোলিসিনি হাযবসি মীপুম খুদিংনা খংনববনি; মদুনা মবৈবাক নিংবা ভাবতমচাশিংগী রাখলদা নিংহন্নবা পোক্কদ্রা হাযনা চিংনবম্নবসু, মদু মহৌশানি কবিমতা ওকনিংঙাই ওইদে। মথং মথং ওইবকইবা চাওখৎখোংথাং, ঐখোয়না খংলবদি, অসুম্না তৌখিমানে হাযবা অচুম্বা, অদুমঙাই নিংশিংগে হাযনা নিংশিংলবদা। পোলিসি অদুদগী ভাবত জাত্তিগী পুন্সি শেমগৎনবা মচাকশিংসি থোবকলি; মদুগী মবমদা, ঙসি নৌহৌননা ঐখোযবু নিংশিংহল্লি; য়াম্নদবা, থুগাযনবা পোলিসি অদু শেমগৎখিবনি, চলাযখিবনি; অদুবু হৌজিক্তি অমতা ওইবা পুনশিন্নবা কৌশিন্নবি।

বৃটিশকী শক্তিগা মখোয়গা য়ান্নরমদবা ভারত্তা লৈবা কাংবুগা মতগী মতুংইন্না মরূপ শান্নরকপনা হৌজিক্তি মখোয়না ফত্তবা অমসুং চৎনবীনি হায়না হন্দুনা য়েংলম্বা পুম্বা অদুগী গার্জিয়ান অমসুং ঙাকশেনবা ওইবা তারবনি। বৃটিশনা লাকপা মতমদা ভাবত অসি কষ্টম্না হারমই, অরিবা কষ্টমগী তমথীবদি তত্তনা কীনিংঙাইগী মশক ওই। অদুবু চৎনবীশিং অদু হোংলে; ফীবম অবস্থনা হোংলকপনা য়ারিবর্মখৈ চান-না চৎনবীসু হোংলকপা তাবনি। হিনদুগী আইন অয়াম্বা চৎনবীঙাক্তি ; চৎনবীনা আইনবু হোংহনবনা, চৎনবীবু তোঙান তোঙানবা মওংদা শীজিন্নবা তাই। অওইবমক ওইনা চৎনবীনা হোংদোকহনবা য়াবা কবিগুম্বা মতাং অমা হিন্দু-আইন্দা যাওদে। পুনিংবা অর্থ মতুংইন্না পুবা য়াবা চৎনবী-আইনবু অবিবা লাইবিক্কী মতুংইননা, রায়েনশংগী রাবেপ লৌদুনা, বৃটিশনা মহুৎ শিঞ্জিনখি; রাবেপশিং অদু, হোংবা লৈতনা চৎহন্নবা তুংগী ফীবেপ ওইখি। হেন্না মান্নবা অমসুং অচুম্বা পুবকপনা অইবা ওইনদি মদুনা কান্নবা পীবমই। অসুম্না তৌবসিন মতুং চথবকপা চৎনবীনা অবিবা আইনবু শেমদোক্তনা কায়দনা মতুং ফাওবা চৎনহল্লি। অসুম্না অবিবা আইনবু মতাং শকক কয়াদা চৎনবী যেংদুনা শেমদোকখি অদুবু মতমগদি চান্নদে লোযননা কীবদগী মবম চানা শেমদোকপসু তৌখিদে নিংথিনা খংনববা চৎনলমগী মতুংইন্না শেমদোকনিংবা খুদিংমক থিংখি। আইনবু চৎনবীনা লৈ (আইনদগী চৎনবীনা ফবা হেল্লি) হায়বসি প্রমান তৌনবা কাংবু কয়াদা তৌজিকফাওবা হৎনবি; মসিমক আইনশং (আদাল) পুম্বা থোইদোক হেন্দোক্লা লুনা থোকই। হোংদোকপা হায়বসিমক আইনশেম্বা লেজিসলেচবনা তৌফমথোকপনি, অদুবু আইন শেমদোক শের্মজিন তৌবগী অধিকাবিসু মখুত্তা পাযশিনবা বৃটিশ সবকাবনা, মথোযনা ওইহনন্নিংবা মখোযতগী কান্নবা ওইবা শকক অদুবু শেমদোকনিংলমদে। মমৈথংদা, মীখন্দা কাবকপা কাংবুগী সভাদা, শকক খবা ওইনা, আইন শেম্বগী শক্তি লাম্বোক্লবদা সমাজগী ওইবা বিফোর্ম তৌনবা (শেমনবা) হোৎনবকপা খূদিংদা আইন শেম্বা কাংবুবু বৃটিশ সবকাবনা শুক্তোক্তুনা যেংখি লোয়ননা য়ানিংদবা কন্না উৎখি।

# তরেৎশুবা পন্দুপ

## মাপলশুবা তাংকক

# ইন্দষ্ট্রি লিংখৎলকপা প্রোভিন্সশিংগী খেৎনবা

১৮৫৭ ৫৮ গী লালহৌনা থোকহনখিবা অৱাবদগী ভাবতনা তপ্না তপ্না হাননগী ফীবম তাবকখি। বৃটিশ পোলিসি লৈন লৈনা, মপাঙ্গল কনবা কাংলুপ কযানা ভাবত্তা অতোংবা অমা পুবক্কবা থবক পায়খৎখি; সমাজগী ওইবা, অনৌবা জ্ঞানগী মিকপ থোকনবকখি। ভাবতকী ওইবা অমতা ওইবা বাজনিতি লিচিংনা, নোংচুপ হাবমগা শমনবকপনা, খুৎশা হৈবনা খুমাংচাওশিল্লকপনা অমদি পুন্না মীথা পোল্লবগী লাইবক গীবনা অনৌবা ৱাখল পোকহনখি. খুৎশা হৈববু তপ্না তপ্না খুমাং চাওশিনহনখি অমদি জাঁগু নিংতম্লবা খোংথাং নৌনা চংশিনহনখি। ভাবতনা মিকপ থোবকপসি, মবম অনিনা ওইবমইঃ নোংচুপ্তা যেংদুনা মতৌ তমজবা অমা, অদুগা অমনা. মশা মতেংতাগী অমদি হৌখ্রবা মশাগী শক্রম য়েংদুনা কাযদনা ওাকনা চচ্নবা।

ভাবত্তা বেলগাড়ী পুথোবকপগা লোয়ননা, ময়াম্না খংনবা মতুংইন্না ভাবত্তা খুৎশা হৈবা, কল কাবখানাগী চহি হৌখি; ময়াম্না খংনদবা হাযবগা, শাবা লোযববা পোৎ (ভাবত্তগী মচাক পুবগা বৃটেন্দা শেম্না শাবকপাপোৎ) বৃটেন্দগী পুশিল্লকপনা প্রমান্নি। ইন্দষ্ট্রি লৈহন্দনবা মপান্দগী পুশিল্লকপা মেচিনগীদমক লৌবা খাজনা ১৮৬০ দা লৌথোকখি, চাওনা লিংখৎপা ইন্দষ্ট্রিনা মকওইনা বৃটিশকী সহবদা চলাযহনখি। ইহান হানবদা বেঙ্গলগী জুত (লিমোন) কাবখানা লিংখৎখি; অদুগা মদুগী মকোক ওইবা অফিসনা স্কোটলন্ডগী সহব ডান্ডিদা থনমই। ভাবত মচানা মপুং ওইদুনা, ভাবতকী অয়ামবা শেন অহম্মদাবাদ অমসুং বম্বেদা ফীবোন শা নবা কাবখানা লিংখৎখি। মতুংদা খোংদগী থোকপা পোৎকী কাবখানা থোবকখি। বৃটিশ সবকাবনা ভাবত্তা ওৎপা অথিংবা পীবা লেপ্পা লৈখিদে, লান্‌কাযাবমদা লৈবা ফীশাবা কলকাবখানাগা ক্রক ক্রক যেংনবা অমদি ভাবত মনুংদা লৈবা কলকাবখানাশিংগী চাওখৎ লমজেন থিংনবা ভাবত্তা থোকপা লশিংদা এক্সাইজ দ্যুতি কৌবা খাজনা সবকাবনা লৌবা হৌগৎখি। কুনশুবা খৃষ্টাব্দ যৌদ্রিবফাওবা সবকাব অসিগী লৌউশিংউবা, লল্লোন ইতিক অমসুং কলকাবখানাগী অফিস অমতা লৈবমদে হাযবসি চুমলবনি মসিদগী হেন্দুনা সবকাবগী ওইনা লৈবা পুন্সিগী লৈফম থোকপা পোলিসিগী মতাংদা ফাওবা কবিমতা লৈবমদে হাযবা য়াই। ঐহাক্না থাজে মদুদি কেন্দ্র সবকাবগী ওইনা ;লৌউশিংগী লোইশং অমা লিংখৎখিবা অদুসু ভাবত যেংবা লাকপা আমেবিকাগী মীওইশিংনা লৌউশিংউবগী থবক চাওখৎনবা শেনগী মতেং পাংলকপা অদুনা মকওইনা নমদুনা লোইশং অদু থমখিবনি। (ওসিফাওবদা হায়বিবা লোইশং অদুসু মমিংত ওইনা লৈবি)। অদুবু য়াম্না থুনা ১৯০৫ দা লল্লোন ইতিক অমদি খুৎশা হৈবা কলকাবখানাগী লোইশং লিংখৎখি। অদুবু হায়বিবা লোইশংশিং অদুফাওবা লৈতবা য়াদবগী অদুক লৈবা ওইনা তৌই। ইন্দষ্ট্রিগী চাওখৎখোংথাংবু তৌগে য়াওনা অপান্নবা তপথহনখি অসুন্না মশানা লাকচবা ভাবতকী শেষ্টুমগী চাওখৎলকপা ইনোৎপু থিংজিনখি।

ভারত্তা লৈবা প্রজা পূম্নমক অসুম অসুম লাইবকপনা পৎ-তৎনা লাইববব‌সু অওম অথৌ ওইবিবা মীযাম প্রজাগী ফীজিন ওইনা লৈবা কাংবুদি অনৌবা নিয়মগী মখাদা অমদি শেন খোমজিন থৌশিনবগী মখাদা নুংঙাই য়াইফনা লৈবমই। বাজনিতিগী বিফোর্স লোয়ননা শেন তুংশিনবগী খুদোংচাবা ফংনবা তকশিল্লিবা কাংবুদি মখোয় অসিনি। বাজনিতিগী থৌদাং

পায়খৎনবা ১৮৮৫ দা ইণ্ডিয়ান নেশনেল কঙ্গ্রেস লিংখৎখি। লল্লোন ইতিক খুৎশা হৈবগী থবক তোপ্প তোপ্পা চাওখৎলকখি; অসিগুম্বা থবক পায়খৎলকইবা মীওইশিংদি চহি চা কয়া চুপ্পা লল্লোন ইতিক তৌদুনা মীরোন কয়া মথং মথং চত্থবক্কুনা, ফীবম চেৎনা লৈবক্লবা কাংবুনি হায়বসি খংজিনবদা নুংঙাইবা পোকই। মোগলনা পাল্লিংঙৈ মতমদা অমদি মাদুগী মমাংদা হৌজিক ফীবোন শাবা ইন্দষ্ট্রিগী কেন্দ্র ওইবিবা অহমদাবাদ অসি পোৎচৈ শাবা অমদি লল্লোন ইতিক্কী অফাওবা মফম ওইবমই; মফম অসিগী পোৎথোক মপান লৈবাকশিংদা থাবমই। অহম্মদাবাদতা লৈবা অচৌবা লল্লোনবা মীশিংগী মবনাই জহাজ লৈবমই; জহাজশিং অদুনা পার্শিয়া উপসাগব অমদি আফ্রিকাদা লল্লোনপোৎ থানবমই। গ্রীনো-রোমান মতমদা ব্রোচ কৌবা ভাবত য়াম্না সমুদ্রমপান্দা লৈবা বন্দব অসি মমিং চৎলম্মী।

গুজবাট, কাঠীওয়াব অমসুং কচ্চদা লৈবা মীশিং পুম্বা থায়নঙৈদগী হৌদুনা লল্লোনবা, পোৎচৈ শাবা, সদাগব অমসুং সমুদ্রাদা চত্তুনা লল্লোনবা মীওইঙাক ওইবমই। ভাবত্তা অওনবা কয়া থোকলমই অদুবু থোকলকইবা অহোংবদুগা চাননা মমাংঙৈদগী চৎথবকইবা লল্লোন ইতাক্ক থবক মখোয়না কাযদনবা অদুম চত্থবমই। হৌজিকসু ইন্দষ্ট্রি অমসুং লল্লোন ইতিক্কী থবক্তা মকোক ওইনা লুচিংলিবা কাংলুপ্তা মখোযসু যাওবমই। হান্না লৈবম্বা ধর্ম্ম নত্রগা হোংদোক্লবা ধর্ম্ম, মখোয়দদি কবিমতা খেৎনবমদে। চহি লিশিং অমা চহুমগী মমাংদা গুজবাটতা লৈবম্বা পার্শিশিংবু থৌদাং অসিগীদমক গুজবাটতা লৈবা মীনি (গুজবাটিনি) হাযনা লৌবা য়াই। (গুজবাটিনা অসুক কুইবসি মখোয়গী লোন ওইবমই) পাঙওনগী মনুংদা লল্লোন ইতিক অমসুং ইন্টষ্ট্রিদা খ্বাইদগী মকোক থোংবা কাংবুদি খোজা মোমোন অমসুং বোহডানি। মখোয় পুম্বা হিন্দু ধর্ম্মা থাদোক্কুনা পাঙঙন ওইখি; গুজবাট, কাটিওযাব নএগা কচচ তগী মখোযনা লাকখী। হাযবিবা গুজবাটিশিং অসিনা ভাবত্তা লৈবিবা ইন্দষ্ট্রি, লল্লোন ইতিক্কী থবক পুম্বা পাযশিনখিবতা নওনা ধর্ম্ম, সিংহল, নোংপোক আফ্রিকা, খা আফ্রিকা অমদি মীবৈবাক কয়া য়ৌনা শন্দোকখি।

বাজপুতনাগী হাযদোকখিবা মাবাবাবীশিংনা লৈবাকসিদা লৈবা লল্লোন ইতিক অমসুং শেঙ্খুম পাযশিনখি, ভাবতকী মকমক ওইবা মফমদা মখোযনা শিনবা থুংনা লৌখ। মখোয শেঙ্গাও পূথোক পুশিন তৌবা খুঙ্গং মচা মচাদা শেন পুথোকপা কাংবু ওইখ। মমিং চৎপা শেঙ্গাও পাযবা মাববাবি ইমুং অমদগী থোবকপা মখোয়গী লনাই নোট (চোক = হুণ্ডি) ভাবতকী মফম পুন্নমক্তা অমদি ভাবতকী মপান্দা চৎনবমই। হৌজিক ফাওবদা ভাবত্তা মাবব্রাবিনা শেঙ্গাও পাযবা ওইবি, মদুগী মথক্তা হৌজিক ইন্দষ্ট্রিসু পাযশিল্লকলি।

অব্রাং নোংচুপ্পা সিন্ধ্রাশিংগী থাযনদগী হৌনা লল্লোন ইতিক তৌবকপগী, লেংদবা চৎনবী অমা লৈবম্মি, শিকাবপুব নত্রগা হায়দাববাদতা মখোযগী হেডক্বাটব ওইবগা মধ্য এশিযা নোংচুপ এশিযা অমদি অতৈ মফমদা মখোযনা শন্দোকপা হৌখি। ঙসিসু, (হায়বদি পান মমাংদা) বন্দব অমবু লৈববা, পৃথিবীগী মফম খুদিংদা, অমা নত্রগা অমদগী হেনবা সিন্ধি দুকান লৈতবা লৈতে। চৎনবী ওইনা চত্থবকপা লল্লোনবগী থবক পঞ্জাবী খবসু তৌবমই।

মাদ্রাজদা লৈবা চেট্টিশিংসু, থাযনদগী হৌনা, লল্লোনবা মকওইনা শেন পুথোকপগী মকোক ওইবমই। চেট্টি হায়বা ৱাহৈ অসি সদাগবসু লমজিংবা লূচিংবা সংস্কৃত ৱাহৈ শ্রেষ্টি 'দগী থোবকপনি। ময়াম্না হাযনবিবা 'সেঠ' হায়বসিসু 'শ্রেষ্টি' দগী শামথবকপনি। মাদ্রাজ চেট্টিনা খা ভাবতকী মক ওইবা মফমশিংদা লল্লোনবগী অনৌবা থৌদাং লৌবম্বদা নৎতনা ব্রহ্মা শিনব থুংনা অদুদগী হেনদুনা অমনা তাম্রবা খুঙ্গং য়ৌনা মখোযনা শন্দোকখি।

প্রদেশ খুদিংদসু লল্লোন ইতিক্কী থবক, মকওইনা, কাংলুপকী মখুত্তা লৈবমই; নিংশিংবা থোক্রুবা পথাং পথাং হাক্তগী হৌনা মখোয়না লল্লোনবগী থবক য়ৌনা লাকখি। মখোযনা চোয়না অমদি পুন্না পোৎ যোল্লম্মী; শেন পুথোকপা মহাজনসু ওইবম্মী। খুঙ্গং খুদিংদা বণিযাগী দুকান লৈবমই; খুনগী দবকাব ওইবা পোৎ দুকান্দা য়োল্লমই, ওইজগদবা শেন্দোং তানবা নিয়ম মখাদা শেন পুথোক্লমই। লৱাই থৱাইদা শেন থংবগী থবক বণিয়াশিংগী মখুত্তা লৈবমই। অব্রাং নোংচুপ্পা লৈবা নিংতম্বা লৈবাক অমদি চীংমান ফাওবদা মখোযনা লৈপি, মফমশিং অদুদা, মকওইবা থৌদাং মখোয়না পাংথোক্লম্মী। লাইববনা

হেনগৎলকপনা লৌউবনা পীবা শেষ্টংসু থুনা হেনগৎলকখি; শেন পুথোক পুশিন তৌবদা লম বন্ধান থমনবমই ; মসিগী থবক্‌সি মতম্না য়ায়ক্তবনা পাকচাওনা চথবকখি। অসুম তৌবসিনা শেনবুনা জমিদাব ওইবকখি।

মীনৌ লাকপনা তোঙান তোঙানবা শিনফম কয়া পায়খৎখিবনা, লল্লোনবা, দুকানফম্বা অমসুং শেনপুথোকপা কাংবুবু তোঙান তোঙানবা কাংলুপ নাইনা খাইদোকপদা মযেক শেংবা, খুদিংগী শক্তম হায়বা ঙমদে; অদুবু মখোয়না তৌবিবা থবক হোংদনা চথবনা হৌজিকফাওবা মশানা মচা অদুম মখায়জবি জাতি খায়বদগীবা, নত্রগা মীবোন মথং মথং চথবকপগীবা নত্রগা পথাং পুথাং য়ৈননবকপদগীবা নত্রগা ময়ামসি পুনশিল্লগা ওইবকইব্রা হাযবদু অশেংবা অমা ঙায়বদা লুনা থোকই। ব্রাহ্মণ অমসুং ক্ষেত্রিশিংগী মনুংদদি লল্লোনববু হস্থনা য়েংনবমই হাযবদা চিংনানিংঙাই ইলতে, মখোযনা খোমলিবা শেন অসি য়ানফম থোক্লা য়ানববসু, মখোযনা তৌবা থবক্কীদমক্তি মতিক নাবা তৌবীমন মনা ওইদে। লমগী মপুংওইবা (লম মখল তৌবা) অসি সমাজ মনুং চল্লে হায়বা খুদর্মান ফিউডেল মতমগীগা অক্সানি; অদুগা লাইবিক হৈবা পণ্ডিত ওইবা খাইনা ইকাই খুম্মনিংঙাই ওইবা লম দখন তৌবদগী তোপ্পা লৈতদুনা হেল্লা বাংগ্রবনি। ভাবতমচাবু ইণ্ডিয়ান সিভিল সার্ভিযস (ICS) ওইহনবা মতমদা বৃটিশ সবকাবগী থবক অসি তৌবা কাংবুদা মশাবু ঙাকশেনবা ইজৎ লৈবা, সমাজদা থাক ব্রা'না থম্না ক্ষমচা ঙীদমই, ফম অসি স্বগগী ওইবা ফম ওইবমই; লাইবিক হৈবা সাহেব কাংবুগী পন্দোন লোম্না নুংঙাইববা মফম ওইবিবা হরাটতোলগী ইংলবা মকম অদুমক মতমদুদা স্বর্গ ওইবমই। মশাগী নুংঙাইনাবা অশাদা লাইবক তম্না কাংবু, মকওইনা উকিলগুম্না, অনৌবা লো কোট্রা শেন যাম্না তানশিন্না কাংবুগীদ ইজৎ অমদি অরাংবা থাক্কী ওইবা সম্মান লৈবমই, মখোযনা হৌগৎলকইবা নহাবোনবু ফাজিনখি। বাজনীতি অমসুং সমাজগীদমক শেমদোকপা থোংচংদা তশেংনমক উকিলশিংনা লমজি থীদাং লৌখৎখি।

আইন তম্না অসি বেঙ্গলিনা ইহান হান্না হৌবকখি, মখোয খবদি ওস্লোক্লা নিংথিনা চাওখৎলকখি, মখোযগী থবক্তা লংনবা মিংচৎ তানবা ঙনখি। মখোয বাজনীতিগী লুচিংবসু ওইখি। হৈনদবা অমসুং অতৈ মবম খবদগী, মচিনা তুমখৎলকলিবা কলকাবখানাগী থবক্তা মখোযনা চংশিনবা ঙমাখদে। লৈবাক অসিগী পুন্সি শেমগৎ শাগৎপদা অমদি বাজনীতিনা মচিনা তুমখৎলকপদা কলকাবখানানা মকওইনা শকক যাবক্রবদা বাজনীতিগী লমদা লৈজবম্না বেঙ্গলশিংগী নমগানবগী মিংচৎ মাংথাখি, মাসমক্লা খুদর্মানি। বেঙ্গালশিংনা সবকাবগী থবক তৌবা অমদি অতৈ ফম তাম্নবা লাই মখোযগী প্রদেশতগী চংনগ্রবদা হান্না লৈবম্বা ফীবম তাইওনবকখি, অতৈ প্রদেশতগী মী কয়া বেঙ্গলদা মকওইনা কলকাতানা হায়জিল্লকখি অদুগা মফম অদুদা লল্লোন ইতিক অমসুং কলকাবখানাগী থবক পাযখৎনখি লোযনন লল্লোনইতিক অমসুং খুৎশা হৈবা থবক তৌদুনা মপান্সি লেনবকখি।বৃটিশকী কোনুংগী মকওইবা মফম অমসুং কলকাবখানাগী ময়াইওইবা লম কলকতানা ওইবমই হৌজিকসু ওইবি, ইংলিস অমসুং স্কোটশিংনা মফমদুদা লল্লোনবগী থবক পাযাশনখি, অদুবু মমৈথংদা মাবৱাবি অমসুং গুজবাটিশিংগী মখুন্না তাখি। কলকতাদা কিপনা লল্লোনবগী থবক যাওবা বেঙ্গালনতবা জাতিনা অয়াম্বা মতমদা পাযশিনখি। থনিক তাদা লৈলিবা টেক্সী দ্রাউভব লিশিং কযা অসি, অতৈ জাতি কনা যাওদনা, পঞ্জাবগী লাকপা শিখশিংনা ওইবি।

ভাবতকী ওইববা কলকাবখানা, লল্লোন-ইতক, বেঙ্ক, ইকুবেন্স অসিনচিংবগী অথোইবা মফম বম্বেদা ওইখি। পার্সি, গুজবাটি, মাবৱাবীশিংনা হায়বিবা থবকশিং অসিগী লুচিংবা মকোক ওইখি, মহাবাষ্ট্রগী মী নত্রগা মাবাঠাশিংদি হায়বিবা থবকশিং অসিদা শকক অমত্তা যাখদে হায়বসি শেংলবা ৱাফমনি। হৌজিক বম্বে অসি জাতি কযানা পুন্না তাববা চাওববা সহব অমা ওইববনি; অদুবু মসিদা লৈবিবা মীশিংগী অয়াম্বদি গুজবাটি অমসুং মাবাঠিনি। পণ্ডিত ওইবদা অমদি পায়খৎলুবা থবক্তা মাবাঠাশিংদি মশানা তোপ তোপ তাই, কনাগুম্বনা নিংবগুম্না মখোয়দি অফবা লাম্নীনি, মখোয অয়াম্বা ফীশাবা কাবখানাগী থবকশুবা মী ওইনা লৈবি। মখোয মশামউ যৈ, মপাঙ্গল কাল্লি, অদুম্নদি ওইবগা মখোযগী লৈবাংশু লাইববা লৈবাকনি; শিবাজীগী মতমগী ৱাফম, অমাদি মখোযগী মপামপুশিংনা পাংথোকখিবা মথৌনা ফবা থবক্কী ৱাফম, নিংশিংদুনা মখোয়না চাওথোকচবদি মঙাইবে। গুজবাটিশিংদি মশা চবেৎ চবেৎ লাওই, তপই, লল্লোন ইতিক্তা যাম্না হৈনৈ। মসিগী খেৎনবসি মকওইনা লম লমগী মতুং ইনবনি; মবমদি মাবাঠাগী মবৈবাক্তি লমহাং ঙাক্তি, চীংমানগী লম লৈহাও চেন্দবা ওইনা তৌই অদুগা গুজবাতিদি ইনাক খুল্লি, মখোযগী লমসু লৈহাও চেল্লি।

চাং খজিক হন্থরবসু ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফমদা লৈরিবা খেৎনবশিং অসি য়েংবদা নুংঙাইবা পোকই। অৱাংবা থাক য়ৌনা জ্ঞান লৈরবা মাহ্রাজশিংগী মরক্তা মমিংচংলবা ফিলোসোফর, মেথমেটিসিয়ান, অমসুং সাইন্টিস কয়া পোকখি, হৌজিকসু থোরকলি। খুদোংচাবা চাদবগা ইবোইননা বম্বেদা লৈবা মীশিংনা মকওইনা হৌজিক লল্লোন ইতিকী থবক্তা পুক্রিং চংলী। ইন্দষ্ট্রি অমসুং লল্লোন'তিক্তা থোয়না শোত্থহৌরবা বেঙ্গলদা অফাওবা সাইন্টিস খরদি থোবক্লি, লোয়নননা কলা অমসুং সাহিত্যদা মরুওইনা মশামক তোমথিন ঙাক্লি। পঞ্জাবতা তোমথিন ওইবা মীওই অমতা থোরক্তে; অদুবু অঁতে লম কয়াদা খুমাং চাওশিল্লবা, মকোক-চংলিবা প্রদেশ অমদি পঞ্জাবতা লৈবা মীদি থবক্কী মীনি, মেচিন শাবা অফবা মী ঙাক্লি, পীক্রা লল্লোনবা, ইন্দষ্ট্রি মচা মচা লিংখৎপগীদমক ফাওই। ইউনাইটেড প্রোভিন্স (দিল্লি য়াওনা) মী মখল শুনা লৈবা অঙকপা লমনি; অমবোমদা হায়রগা ভাবত্তা লৈবা মী পুম্নমক্কী শক্তম শুনা তিল্লবা মফমনি। হিন্দু কলচব অমদি অফগান অমসুং মোগলগী মতমদা চংশিল্লকপা পার্শিয়ান কলচরগী তুংনফমনি; মরমসিনা নোংচুপকী কলচরনা অমুক য়াওশিল্লকতুনা হায়া লৈবা অনিগী তিন্নশিল্লবা শকক্তা লোয়নননা মফমসিদা লৈবি। ভাবতকী অঁতৈদা তৌনবগা মান্নদনা মফমসিদা প্রদেশ অমা ওইবগী শক্তম মমিশামই। মতম কুইন্দগী হৌনা প্রদেশ অসিবু ভাবতপু কোনুং ওইবা মযাই লৈবা মফমনি হায়না মফমসিগী মী অমদি অঁতৈশিংনা লৌনবমই। তশেংনমক খ্বাইনা হায়নৈ হিন্দুস্টান হায়বগা মফম অসিবু নিংশিংনৈ।

খেৎনাবিবশিং অসি ভুগলিকী ওইনানি ধর্ম্মগী ওইনা নত্তে হায়বসি খংজিনবা তাবনি। বেঙ্গলি পাওতন অমনা পঞ্জাবী পাওতন অমদগীদি বেঙ্গলি হিন্দু অমগনা য়াম্না হেয়া নকশিন্নে; অসুম্না অঁতৈগীসু অদুমঙাই। ভাবতকী মফম অমদা নত্রগা অঁতে লৈবাক্তা হিন্দুশিংনা পাওতন বেঙ্গলশিংগী তান চানদুনা উনববদি খুদক্তা মখোয় অমগা অমগা কৌনৈ অদুগা উন্নবগী নুংঙাইবা পোকনৈ। পাওতন নত্রগা হিন্দু নত্রগা শিখ -পঞ্জাবীশিংসু অসুম্না তৌনৈ। বম্বে প্রদেশতা লৈবা পাওতন (খোজা মেমোন অমসুং ভোরা) কয়াদি হিন্দুগী চংনবী কয়া মখোয়সু চংলি; খোজা (আগা খানসী তুংইনবা কাংবু) অমসুং ভোবাশিংবু অৱাং ভাবতকী পাওতনশিংনা অশেংবা ধর্ম্মবু চেকশিন্না ঙাক্লা চৎপা কাংবু নত্তে হায়না লৌই।

পাওতন অপুমম্না মকওইনা বেঙ্গল অমসুং অৱাং ভাবত্তা লৈবা পাওতন কাংবুদি ইংবেজি মতম শাংনা তমদবতা নত্তনা ইন্দষ্ট্রিগী থবকসু তৌখিদে। ফিউডেল সিষ্টেমগী মত খবা চংবনা নত্রগা (বোমান কেথোলিক ধর্ম্মগুম) ইসলাম ধর্ম্মনা শেন লেম্না লৌবা, অমদি শেন্দোই চাবা, থিংবনা ওইবসু য়াই। অদুগা অঙকপদি, ভাবত'ঙমখৈদগী লাকপা পাঠান কাংবু অমদি তমথীববা মওংদা শেন পুথোকপগী থবক তৌবমই। অসুম তৌবসিনা, তবামাপল শুবা খৃষ্টাব্দগী অনিশুবা তঙ্খাইদা পাওতনশিংনা ইংবেজি শোত্থনা লৈবমই; মসিদসু নত্তনা নোংচুপ লমগী জ্ঞান তানশিনবগী মতাংদসু শোত্থনা লৈবমই; মখোয়না সবকারগী থবকসু তৌবমদে; ইন্দষ্ট্রিদা থবক তৌবসু য়াওরমদে।

ভাবত্তা হৌগৎলকপা ইন্দষ্ট্রিগী চাওখৎ খোংথাং শোল্লবসু নত্রগা তপথহল্লবসু ইন্দষ্ট্রিগী কান্নবা, মীয়াম্না পাম্নবকপদি হেনগৎলকখি। মীয়ামগী লায়ববগী চৈনাখোল অমসুং লৈবাক অসিদা লৈবা মী য়ামনা ব্রাননিবা চাং অসিগী খেৎনবা কর্বিমতা লৈবমদে। থবক ফংদবা থবক অমুকসু ফংবা অমুকসু ফংদবা কোটি কুনলোমগী মনুংদগী থবক শুবা মী লিশিং চা খবদমক ইন্দষ্ট্রিদা থবক পীবমই। অহোংবা অসিনা থবক থীবা, মীশিং অসুক্কী মতিক য়ামদবনা লৱাই থৱাইদা হায়থদুনা মীয়ামগী থবক শুনবা তাখি। থবক ফংদবা মশীং হেনগৎলকপা অমদি লৈবাক অসিদা লৈবা মীশিং য়ামখৎলকপনা য়াম্না তোঙ্গবা ফীবমদা হিংনবগী উপায় থিবা মীবৈবাক্তা চৎপা তানরমই। খা-আফ্রিকা, ফিজি, ত্রিনিদাদ, জমাইকা, গুয়েনা মৌবিঠস, সিংহল, বর্ম্মা, অমসুং মালয়দা মখোয়না চৎখি। সবকারগী থবক তৌবদগী চাওখৎপা অমসুং নুংঙাইবা ফংলবা অপীকপা কাংলুপ অমদি মীওই খব, ফীবম শোকচিনবা হেজিল্লক্রবা মীয়াম মরক্তগী তাহোক্লরমই। হোংলকপা ফীবম অমদি তত্তনা তানশিনবা শেয়া কাংবু খবতবু ফীবম ফগৎহল্লমই। অদুগা মীয়ামগী ওইবা অনংবা, অমসুং থবক ফংদবগী অৱাবসু হোংবা লৈতনা অদুম মৈবেবমই।

# তরেৎশুবা পন্দুপ

## তরাশুবা তাংকক

# রিফোর্ম অমসুং হিন্দু পাওঙনগী হৌরকপা ইহৌ

কলকাবখানাগী অহোংবা (লাকপা) পুবকপা লোযননা মদুদগী ফংলকপা অথুবা মহৈনা মবম ওইদুনা, তবামাপল শুবা খৃষ্টাব্দদা নোংচুপ হাবমগী অশেংবা থৌদাং ভাবত্তা মশক খংনবকখি। ৱাখলগী লমদা, অৱাবা, অহোংবা অমদি পীক্লবা হৈবোং মনুংদা মতম শাংনা ফাজিন্দুনা থম্লুবদগী ৱাখলগী মিৎযেংনা য়েংথোবকপদা, ওমখৈগী পনখৈনা পাক্লা লাপ্লা শন্দোকপা, লাকখি। ইংবেজি তমদুনা হৈববা কাংলুপ মচাগী অহানবা ওইবকইবা মহৈনা, নোংচুপকী মীওইশিংনা তৌবকপা খুদিংমক, থাগৎনবা অমসুং যাহন্নিংবা পোকহনখি। হিন্দু ধৰ্ম্ম চৎপা কাংবু সমাজগী চৎনবী অমদি থবক্লা তাম্থোবক্তুনা নিংবা কাযহল্লবা তিনদু কয়া, খৃষ্টান ধৰ্ম্মদা চিংশিনখি, বেঙ্গলদা লৈবা মশক নাযবা মীওই কযানসু খৃষ্টান ধৰ্ম্ম লৌখি। মবমসিনা অসিগুম্বা অনৌবা ইবাং হৌবকপা অসিদা রাজা বাম মোহন বোযনা হিন্দু ধৰ্ম্মগী যুম্ফম চেৎশিন্নবা হোৎনবমই; মবম চাবা চাদবা, সমাজ বিফোর্ম তৌদুনা, ব্ৰাহ্মণ সমাজ মহাক্লা লিংখৎখি। মহাক্কী মতুংশিনবা কেশব চন্দ্র সেনন খৃষ্টান ধৰ্ম্মদা পুশিন্নবা হোৎনখি। বেঙ্গলদা লৈবা মযাই ওইবা মীওইদি ব্ৰাহ্মন সমাজগী খুদুম চনশিনখি; নুংঙাই য়াইফবা মীওই অমসুং ইমুংমনুংগী মনুংদা কনা'মতদা ধৰ্ম্মগী থাজবা লৈবমদে। সমাজ অমসুং ধৰ্ম্মগী অহোংবা অসিবু মথৱাই য়াওনা পান্নবসু হায়বিবা ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা বেদান্তগী লিববা ভাবতকী দৰ্শণগী ভাবপু অমুক পুশিন্নিংলমই।

ভাবতকী অতৈ মফমদসু হায়বিবা ইবাং অসিগা মান্ননা থোকলমই; সমাজগী কল্লবা নিযম অমদি ধৰ্ম্মগী ওইনিংবতা ওইবা মওং লেপ্তুবা নিযমবু পেন্নবমদে। তবামাপল শুবা খৃষ্টাব্দগী তহাই চনশিল্লকপদা স্বামী দয়ানন্দ শ্ববস্মতি কৌবা গুজবাটি অমনা নিংশিংবা য়াবা বিফোর্মগী খোংচৎ অমা লৌখৎখি; পঞ্জাবতা লৈবা হিন্দুশিংদা, মদু মবা চেৎশিন্না তাখি। মসিনা আৰ্য্য সমাজ ওইখি; বেদদা হল্লিনসি '' হাযবনা শ্লোগান ওইখি। বেদগী মতমদগী চথবকইবা আৰ্য্যা ধৰ্ম্মগী চাওখৎলকপা শকক মুখৎপা শ্লোগান অসিগী খোল্লাওনি; বেদান্ত দৰ্শননা চাওখৎলকপা মতুংইন্না খন্নবকই, লাই অমতনি, লাই হাযববু প্রকৃতিনি, কীনা পুন্নমক শিববা প্রকৃতিদা অমতা ওইনা তিনাশিনখিগনি হায়বা মকওইবা পল্লেপফম, অমদি মযাম্নদি পান্নববা মপুংমবৈফাদবা ৱাখল পুন্নমক অমতা ওইনা অমদি তোঙান তোঙানবা মওংদা য়ানিংদবা উৎলি। বেদ ফাওবা মওং অমদা অৰ্থ হল্লি। আৰ্য্যা সমাজ অসি ইসলাম অমসুং খৃষ্টান ধৰ্ম্ম, মকওইনা অহানবা ধৰ্ম্ম (ইসলাম)না খুদুম চনখিবদগী থোবকপনি। মসি থম্মোইদগী হৌবকপা ধৰ্ম্মগী লাললহৌ অমসুং বিফোর্মগী খোংজংনি লোয়ননা মপানগী ওইবা অক্রমন ঙাকথোক্লবা শেমশাৰ্বনি। হান্নগী ধৰ্ম্ম থাদোকহল্লগা অসিনা হিন্দু ধৰ্ম্ম চৎহল্লি লোযননা মীচংখোম্না অতৈ ধৰ্ম্মশিংগা লাম্ছেংনহল্লি। ইসলাম ধৰ্ম্মগী য়াম্না নকশিন্নবিবা আৰ্য্যা সমাজনা, অতৈ ধৰ্ম্মনা নমথেক্তুনা চংশিল্লকপগী মায়োক্তা, হিন্দু ধৰ্ম্মগী ওইবা হীবম খুদিংবু ঙাকশেল্লি। পঞ্জাব অমসুং যুক্ত প্রদেশতা লৈবা মযাই ওইবা থাক্কী হিন্দু মকওইনা আৰ্য্যা সমাজনা য়াওই হায়বসি শেংলবা ৱাফৰ্মনি। মতম অমদা, ভারত সবকাবনা মসিবু বাজনিতি লাললহৌগী ইহৌনি হায়না লৌবমই; অদুবু মসিদা য়াওবা সবকারগী থবক তৌবা অয়াম্বনা মসিবু ব্যবহার তৌরম্মী। নিপামচা নুপী মচাশিংবু মহৈ তম্বীনবা থবক পাযখৎপদা, নিপীশিংগী হীবম ফগৎহন্নবা হোৎনবদা, অমদি নৈহৎলবদা কাংবুগী যুমলৈ-কৈবৈ ফগৎহন্নবা ষ্টেটস (থাক) ৱাংনবা হোৎনবদা মসিনা ওম্থোক্লা ফরবা থবক কয়া তৌখি।

মতম অসিদা স্বামী দয়ানন্দগুম বেঙ্গলদা খ্বাইগা মান্নদবা নিপা অমা লৈরমই, মহাক্কী পুন্সিগী থৌদাংনা ইংরেজি তমলুবা অনৌবা কাংবুবু (খুদুম চনশিনখি) লাকশিনখি। মহাক অদু, ইচম চম্বা, পণ্ডিততি নত্তবা ধর্ম্মগী ওইনা তৌবা, সমাজ-রিফোর্ম পামদবা, শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসনি। মহাক চৈতৈন্য অমদি ভারত্তা লৈরম্বা অতৈ সাধুশিংগী শাগৈদা পোকপনি। মরুওইনা ধর্ম্মচেনবা পুকচেন চাওবনা মশাবু মশানা মশক খংনবা থীজিন্নবা পাঙগুন অমসুং খৃষ্টানগী ধর্ম্মগী অথুপ্পা পারমই; মখোয়গী অকনবা চৎনবী ঙাক্তুনা চহি কয়ামরুম মখোয়গা লৈমীন্নরম্মী। কলিকতাগী মনুং চনবা কালিখাটতা মহাক লৈরমই; খ্বাইগা মান্নদবা মশাগী মগুণ অমসুং লমচৎশাজৎনা খর খর ওইনা মপুক্লিং লাকশিনখি। মহাক্কা উন্নবা চৎপা মীশিং, ধর্ম্মবু থাজজবা অচুম্বা নিপা অসিবু করেম্নগে লক্নগে নিংলম্বা মীশিং, মহাক্না লায়না খুদুম চনখি; মপুংফানা নোংচুপ হারমগী চৎনবীদা লুপপ্রবা কয়ানা, নাস্তোকপ্রবা মাংপ্রবা পোৎ, মফমদুদা লৈরে হায়বা খংখি। ধর্ম্ম থাজবগী মচংওইবা শরুক চিংথোক্তুনা হিন্দু ধর্ম্ম অমসুং হিন্দু দর্শণগী তোঙান তোঙানবা শরুকপু মরী লৈনহনখি; মহাক-মশামক্কী মশানা পুন্নমক মহুৎশিনবগুম উনখি। মহাক্না তৌথোরকপা থবক্তা অতৈ ধর্ম্ম পুন্নমক্তা তশেংনা পুশিল্লকখি। ধর্ম্ম পুম্বগী ওন্নতৈনবদা, লম্বী পুন্নমক মমৈদা অচুম্বদা তিল্লৈ হায়না মহাক্না কন্না হায়খি। এশিয়া ;অমসুং ইউরোপকী ইতিহাসতা ঐখোয়না পাদুনা থেংনখিবা সাধু খরগা মহাক্না মান্নরমই। হৌজিক মতমগী পুন্সিগী মতাংদা ভাব তাবা ৱারবা অদুন্নদি ওইরগা ভারতকী মচু কয়াগী শক্তমদা ইচন চন্নহল্লবা মহাকপু, ঈশ্বরগী ওইবা মৈগী মৈনমনা মশাবু ঙালহঞ্জরবা নিপা অমনি হায়না খ্বাইনা লৌরমই লোয়নননা ইকাইখুম্নরমই। মহাক্না উন্নরুবা মী পুন্নমক্তা মহাক্কী মশাগী গুণ খংহনখি, মহাক্কা উন্নখিদুবা মীশিংবু মহাক্কী পুন্সিগী ৱারীনা খুদুম চনখি। হায়রিবা মীয়ামশিংগী মনুংদা ইকোন কোনবা মহাক্কী পুন্সিগী ৱারী ইখিবা অদুগা মহাক্কী অথোয়বা শিষ্য স্বামী বিবেকানন্দনি।

বিবেকানন্দা মাগা লোয়নননা শিষ্যশিংগা পুনশিন্দুনা, কাংলুপ খায়দবা বামকৃষ্ণ মিসনগী থবক পায়খৎখি। হান্না লৈরম্বা ধর্ম্মদা মরা মরু তারবা, ভারতকী ইজৎকীদমক মপুং ফানা চাওথোকচরবা বিবেকানন্দা মতমগা চাননা পুন্সিগী লন্‌ফমদা চুংশিল্লমই; লোয়নননা ভারতকী মহৌশা লৈরম্বা ধর্ম্মগা হৌজিক্কীগা অনিগী ওইবা মখল অমগী লংদাই মহাক্কী ওইরমই। বেঙ্গলি অমসুং পদ্য (ৱারেং শৈরেং) ফজনা ইবা ঙম্বা কবি অমনি। মহাক মতিক মগুণ লৈবা অবযোক মূর্ত্তি চাবা ফীবম ফজবা নিপা অমনি, মহাক মশানা মশাবু থাজজবা নত্তনা ধর্ম্ম শন্দোকপা ঙমবগী মগুণ লৈবা নিপা অমনি; মহাক্কী হনবা লৈত্রবা অকনবা মপাঙ্গল লৈরমই লোয়নননা ভারতকপু মশক নাইহন্নবগী (মশক থোকহন্নবগী) মহাক্কী অপাম্বা লৈরমই। তুহৎলবা অমদি লমচৎ-শাজৎ মাংপ্রবা হিন্দুগী ৱাখল কোকহন্নবা হিদাক (টৌনিক) মহাক্না মশাবু থাজজদবগী লোয়ননা হৌপ্রবা শরুকপু নৌনা মরা চেৎহল্লমই। ১৮৯৩ দা চিকাগোদা ধর্ম্মগী ফমখিবা পার্লিয়ামেন্টা মহাক য়াওরুই, চহি অমা হেন্না আমেরিকাদা লৈখি; এথেন্স অমদি কোন্সটানটিনোপল য়ৌনা চত্তুনা ইউরোপ থুংনবা কোইরমই; ইজিপ, চিনা অমসুং জপান য়েংলুই। মহাক্না চংলুবা য়ৌরুবা মফম খুদিংনা মহাক মশামক থোক্তুনা হায়খিবা ঙাংখিবা অদুনা অতাবা কাংবুদা, ৱাখলগী অহোংবা অপাম্বা ইপোম হৌহনখি। হিন্দু সন্যাসি অসিবু হেক উরুবদা মহাক্কী শক্তম অমদি মহাক্না ঙাংখিবা ৱা কাওবা ঙমনখিদে। আমেরিকাদা মহাকপু 'সাইক্লোনিক হিন্দু' হায়না কৌনখি। নোংচুপ হারমগী লৈবাকশিংদা কোয়রুবা মাঙোন্দা অনৌবা পাঙ্গল হাপলমই; বৃটিশকী অখাংকনবা, আমেরিকাদা লৈবা মীগী মরুওইবা মগুণ অমদি পুন্নমকপু চপ চান্নবা খননবা পুকচেন, মহাক্না থাগৎখি। 'করিগুম্বা অনৌবা ৱাখল অমা পুথোক্লবগীদমক আমেরিকানা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ফবা মফমনি ' হায়না ভারত্তা লৈবা মাগী মরুপ অমদা মহাক্না চিঠি ইরকখি। নোংচুপ হারমদা পুথোকইবা ধর্ম্মগী শকলোন মহাক্না করিমতা থুপতে ; ভারতকী ওইবা দর্শণ অমদি ফুমদুনা লৈরিবা, মনুংগী ৱাখলগী ইচেন অদুবু মহাক্না হেন্না থাজজৈ। খ্বাইনা লান্না য়েংলবা ভারতনা মাঙোন্দা জ্ঞানগী মঙান পীরমই।

বেদান্তগী মদ্বৈগী দর্শণশাসত্রদা য়াওরিবা লাই অমদি প্রকৃতিনা লাইনি হায়বা অসিমক মহাক্না শন্দোকলমই; ৱাখল খনবা ঙম্বা মীওইবগী তুংদা, ওইরক্কদবা ধর্ম্মদি মাসিনা ওইরক্কনি হায়না মহাক্না থাজরমই। বেদান্তদি, উবা ফংদ্রবা ৱাখলগী ইচেন ওইবদা নত্তনা মরম চাবা নৈননিঙাইসু ওই লোয়নননা মপানগী ওইবা প্রকৃতি (মহৌশাগী খুৎশেম) বু বিজ্ঞানগী মিৎয়েংনা থিজিন হুমজিনবগসু খুৎশম্নুনা অমতা ওইনা চৎমিন্নৈ। "সংসার অসি শুন্দ্রংদা লৈবা লাই অমনা হেক্তা শারম্বা নত্তে নত্রগা মপান্দা লৈবা হৈশিংবা কনানা শেমগৎপসু নত্তে। মসি মশানা শেমজবনি, মশানা মাংহঞ্জবনি, মশানা, উচ্চবনি, মশক উদবা

কনানো অমদি লৈরি, ব্রহ্মা কৌবা অমদি লৈরি।মীওইবগী ব্রাখলদগী থোকপা অমতা ওইবা অমদি পোকপদগী চেম্লবকলবা মহৌশাগী খুৎশেমবু বেদান্তদা নৈনরি। মীওইবদা য়াওরিবা ঈশ্বরগী শক্তি অদুমক তশেংবা ঈশ্বরগী মঙান্নি; লেংলি পাল্লিবা পুম্বগী মনুংদা মীওবনা খ্বাইগী মকোকনি। নিতিগী ওইবা পুন্সিদা, বেদান্তগী মশক উদবা শকক্লা কবিতাবু থৱাই হাপলি, ব্রাখলনা লামবা ফংদ্রবা চয়েৎনববা লাইগী ব্রাবী কয়ানা লমচৎ-শাজৎকী খ্বাইনা উনবিবা শক্তম ওইরি; ব্রাখলদা চম্মনহল্লবা যোগীগী থবক্লা খ্বাইদগী বিজ্ঞানিক ওইববা থবক্কী সাইকোলোজি ওইরি। ভারত্তি তুগুপ্তরবনি, মরমদি মশানা মশাবু পীকর্শিঞ্জহনগ্রে; মাগী পিক্লবা মকোন্দা কুন্দুনা লৈগ্রে ; অতৈ জাত্তিগা মবী লৈনখিদ্রে; থৱাই য়াওদ্রবা ফাওবদা, শক্তম মাংদনা, ইবংলংনা মতোমতা লৈজবা মশাগী ওইবা সভ্যতা লুপতুনা লৈগ্রে। মতম কযাগী মমাংদা পাম্নবম্বা, দবকাব ওইবম্বা, অমদি কাংলুপ কাংলুপকী চাওখৎপা নিংতম্বনি নিংনবম্বা, কাংলুপ খায়বনা, খন্নবম্বা অদুগী ওগ্নতৈনবা, অকীবা ফংনা লৈখা তানলা মবম ওইগ্রে লোয়ননা মসিনা জাত্তি অসিবু তাহৎ-নৈহৎলে। কাংলুপ খায়বা হায়বসে ধর্ম্মদগী তোঙান্না লৈবম্বা অমদি লৈফমথোকপা সমাজগী শেমগৎলোম্নি। অর্থথোক্তবা, পোয়বম য়াওদনা মবমচাবনি হায়না লৌদুনা খন্নরম্বা ফীবেপসু, পুক্রিং হকচাং য়াওনা বিবেকানন্দনা য়ানিংলমদে; ধর্ম্ম-কর্ম্মগী মতাংদা মবৈ য়েৎনবম্বা, মকওইনা, নুংঙাই-য়াইফবা থাক্কী মীওইশিংনা ঐবুদি শোকপীবকনু হাযনা নাইতোম তানা অৱাংবা থাক্তা লৈ হায়না খন্নবম্বা" অসিবু মহাক্লা যাবমদে। " চাকখুমনা ঐখোয়গী ধর্ম্মগী লৈফম্নি চাকথোং চফুনা ঐখোয়গী ঈশ্বরগী ঈশ্বরনি; লোযননা অশেংবনি ঐহাকপু শোকপীবকনু হাযবনা ঐখোয়গী ধর্ম্মনি।

রাজনিতিদগী মহাক্লা থাপতোকই; মতমদুগী রাজনিতি ব্রালাশিংবু মহাক্লা যানিংদে। মীয়ামগী নিংতম্লবা, মীপুম খুদিং চপমান্নবা অমদি মীয়াম্ম চিংখৎনবা মহাক্লা হন্ন হন্ন কয়া হাযবমই। ব্রাখল অমসুং থবক্কী নিংতম্বনা হিংনবগী চাওখৎনবগী অমসুং নুংঙাই-যাইফনবগী অমতা ঙায়ববা উপায়নি। মসিবু লৈত্রবদা, মী, শাগৈ অমদি জাত্তি-পুম্নমক লৈবোই। ভাবতকী অমতা ঙাইববা আশা মীয়ামদগী লাকদবনি। অৱাংবা থাক্কী মীওই কাংবুদি, মশা য়েং, ফত্র; লমচৎ-শাজৎ তৌই; শিবে। ভাবতকী ধর্ম্মগী যুম্ফমদা নোংচুপ মাইকৈগী চাওখৎ খোংথাংগী খুৎশম্মনা চৎমীন্নবা মহাক্লা পাম্লমই। "ভাবতকী ধর্ম্ম চক্তুনা ইউরোপকী সমাজগুম্না শেমউ।" মীপুম খুদিংমক অমগা অমগা চপমান্নবগী লিচিংদা, নিংতম্বদা, থবক্তা অমসুং পাঙ্গলদা, নোংচুপ অমসুং নোংপোক্তা লৈবা মীশিংগী খেৎনবিবা অদুগী মান্নদবা খেৎনবা শকতম অদুমক ভাবতকী ওইনা উৎলি; অদুগা মতম অসিমক্তা ধর্ম্মগী কলচব অমদি ব্রাখলদা, ভাবতমচানা লু-তোং ফাওবদা হিন্দু অদুম মওইনবি। খ্বাইগী মিৎয়েংদা, বিবেকানন্দনা অহনবা লৈতবা, পৃথিবী ওইবা, শক্তম ওইবি। চহি কুনগী মমাংদগী হৌনা জাত্তিগী ওইনা লৈবক্লবা, রাজনিতি অমসুং সমাজগী ওইবা ব্রাফম, জাত্তিগী ওইবা যুম্ফমদা মবৈমপুংফানা অসুক কুইবসি পুশিন্দুনা উৎপা ঙমলাক্লিবনি। লম্বা চৌড়া ওইবা চাং অমদি পাকচাওববা অকীবা শক্তম, ব্রাফম অসিনা লৌরি। পৃথিবী পুম্বগী ওইবা যুম্ফমদা পাকথোক চাওথোক্লবা জ্ঞানগী মিৎয়েংনা যেংলবদা ব্রাফমশিং অসিবু ময়েক শেংনা মশক খংনবকলি; পৃথিবী পুম্বগী ওইবা থৌশিন, আইন অমদি চুংশিন্নবনা, মতম অসিগী খোল্লাও ওইববতদা ব্রাফমশিং অসিবু ফোংবা ঙমলি। পুম্নমক্কি চুংশিনবা অপুনবপু মসিনা উৎলি। বিজ্ঞানগী চথবকইবা খোংচৎ তুংইন্না মখোয় পুম্নমক চপমান্নবা, হেন্না পাকথোকপা অউবা পোৎকী শক্তম তম্না চংশিন্নবকলি। অদুগা অমুকসু অসুম্না হায়বি "খোংগুন লিদুনা পৃথিবী পুম্বনা তুংইন্দ্রবদা চাওখৎপা ঙমলোই; কাংলুপাক নত্রগা জাত্তিগী নত্রগা অপিকপা মতাংদা কবিগুম্বা হীবমগী তং তানা খংবা কর্দৌঙেদসু ঙমলোই হায়বসি নোংমা নোংমগী ময়েক শেংজিল্লকলি। পৃথিবী অপুম্বা অসিগী ওইদ্রিবা ফাওবা, ব্রাখল' মিৎয়েং খুদিংমক পাকথোকহনবা তাবনি; মীওইবা পুম্বা অদুদসু নত্তবা লেংলি পাল্লিবা অপুম্ববু মাগী মাগী অপাম্বা মতুংইন্না থুমহৎপা ঙমদ্রিবফাওবা, আশা খুদিংমক নিংবা কাইহন্দবা লেপহন্দবা চাওহনগদবনি।" মসি পুম্বসি বিবেকানন্দগী বেদান্ত দর্শন সাস্ত্র মিৎয়েংনি; মসিবু মহাক্লা ভাবতকী মচী অমদগী অতোপা মচি অমা য়ৌনা শন্দোকখি। "ময়ামদগী তৌঙান তাবা মী অমদি জাত্তি কর্দৌঙেদসু হিংবা ঙমলোই; চাওজনিংবগী ব্রাখলনাত থুমহৎখিদুনা নত্রগা পোলিসি ওইনা নত্রগা অশেংবা শাদুনা ময়ামদগী তোঙান তানবা লাক্লবিবা অদুক লাক্লবদা (হোৎনবদা) ফংলিবা (ফল) অদু হেন্না মাংন-তাকনবা ওইনি" হায়বা অসিমক ঐগী মপুংফানা থাজবনি। "পৃথিবীদা লৈরিবা জাত্তিশিংগী চৎনরিবা খোংচৎ, য়াওদনা ঐখোয়না নাইতোম তানা লৈহৌবনা ঐখোয়গী চাওথনবগী মবম ওইগনি;

পৃথিবী পুম্বগী চৎলিবা, হৌরিবা ইনোৎ-ইচেন্দা তিন্নবা লাক্লবতনা চাওথবদগী কোক্লবা অমতা ওইরবা হিদাক ওইগনি। "লেপ্তুনা লেংবনা হিংলি তাকপা খুদমনি।"

করিগুম্বদা মহাক্না ইরমই: "ঐহাক শোশিয়েলিষ্টনি, অদুবু মসি মপুংফারবা সিষ্টেম অমনি হায়না ঐহাক্না খল্লুবনা নত্তে; মরমদি তঙ্গ তংখাই (মচেৎ) অমা লৈবনা ইরৈলৈতবদগী হেন্না ফৈ। অতৈ সিষ্টেমসু চাং য়েংলুরে অদুবু অৱাৎপা খরা ইরেমলৈ। অতৈ অমগী নত্রবসু পোৎকী অনৌবা গুনগীদমক, মসিমদি চাং অদুক য়েংসি।"

হীরম কয়াগী মতাংদা বিবেকানন্দানা ঙাংলমই; মহাক্না ঙাংবা অমসুং ই-বদা, অভয় কীরোইদবনি, থৌনা ফগদবনি হায়না তোয়না পল্লমই। মহাক্কী মত মতুংইন্না মীওইবদি মরাইবকথীরবা পাপী (পোক চেনবা মী) নত্তে; ঈশ্বরগী শরুক অমনি; করিবু মহাক্না কীগদৌরিবনো ? "পাপ হায়বসি পৃথিবীনা লৈবা তারবদি মদু পাংদবনি; মখল খুদিংগী পাংদবা থাদোক্কদবনি পাংদবদি পাপনি, অশিবনি।" মাদু উপনিষদা য়াওরিবা ফজরবা পাওতাকনি। অৱাবা, কপ্পা, তেংথাবা -কীবদগী পোকই। মসিনা (কীদবা থৌনা) মরাং কাইরবা অথোৎ-অনৌ মরাংকাইগনি। "অশিবগা হাকথেংনরবা, সমুদ্রগী ইরোল্লুংগী লৈখা তানা লুপথপ্রবা অদু ফাওবদা, ওইনিংবা শকলোন ওইরবা থবকসু পাংথোকপা ঙম্লবা, জগৎকী অথুপ্পা অরোনবা পুম্ববু খংদোকপা ঙম্লবা, করিগুম্বা অমনা থিংবা পলহনবা ঙমদ্রবা নিংহন্নবা লৈত্রবা অইনকংনবা, য়োৎ-নুং চংলবা হকচাংগী পাঙ্গল, মদুমকনি হৌজিক ঐখোয়গী লৈবাক্না পামলিবা।' লাইতিন অমদি ভাবনা শাগৎপা ধর্ম্মগী শরুক মহাক্না য়ানিংলমদে, ওম্থোক্লসু কীনিংঙাইনি --- মসিদা অচুম্বা কয়া'মা যাওরম্বদি য়াই (তৌইগুম্বসুং) অদুবু মখোয়সিনা ঐখোয়বু হেক হেক মাংহনগে তৌই। ---- অচুম্বগী চাংয়েংদি মতাং অসিদা লৈরে - পাঙ্গলদা, বুদ্ধি- লৌশিংদা ধর্ম্মগী লম্বীদা, নহাকী শোম্থহল্লবা হুগুম, নহাক্না য়ানিংদ্রবা অদুগুম্বা হিংনবগী করিগুম্বা মচাক অমতা য়াওদে; মদুনা অচুম্বা ওইবা য়ারোই। পাঙ্গল হাপলিবদু অচুম্বনি। অচুম্বদি অশেংবনি, অচুম্বদি জ্ঞান পূম্নমক্কী তুংনফমনি। অন্ধবিশ্বসতা অচুম্বা খজিক য়াওন য়াওনা, মসিনা মহৌশানা শোম্থহল্লি। ------ মতমচুম্বদা লংদুনতা লৈরবা, পাঙ্গল পীনহৈবা, দাশয়ন শাস্ত্রগী মনুংদা অথোযবা, উপনিষদা অমুক হঞ্জিন্না য়েংউ; শোম্থহল্লবা মচাক্না থল্লবা, হৌফম থুংফম খংদবা অন্ধবিশ্বাস লাপ্পা থাদোকপ্রে। দর্শণ অসি পায়খৎলু; খ্বাইদগী চুম্বদু পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী চম্বনি নহাক্না চমইবা অদুক নহাক চুম্লবনি।" অন্ধবিশ্বাসপু ঙাকথোকউ। অন্ধবিশ্বাসপু থাজবা অপংবশিংদগী, ঈশ্বব লৈতে হায়না খঙবা নখোয়গী ৱাখলনা হেন্না চুমই, ৱাই হায়না, ঐহাক্না লৌই; ঈশ্বর লৈতে হাযনা থাজবদি শিব লৈত্রবনি; ঈশ্ববগী ওইবা শকক অদু নখোয়দা চংলবনি অদুগা অন্ধবিশ্বাসনা হেক চংলকপদা জ্ঞান মাংপ্রগনি, ৱাখল মমি শামখ্রগনি হায়না পুন্সি চুপ্পা লৈখা তাবগনি।------- ভাবনা শাবা হেননা অমদি অন্ধবিশ্বাসতি মতমপুম্বদা অশোনবগী খুদমনি।' *

"ঐখোয়না মসিবু বেদান্ত-ধর্ম্ম নত্রগা অতৈ ধর্ম্ম কৌরবসু অদ্বৈত্য (মশক পানবা লায় লৈতে) হায়বসি ধর্ম্ম অমদি ৱাখলগী অবোইবা ৱাহৈনি; মসি চুম্লবদি, মাইকৈ অশোমদগী য়েংলবতদা কনাগুম্বা অমনা ধর্ম্ম অমসুং অতৈ কাংলুপ নুংশিনা য়েংবা ঙমগনি। মসিমক মতুংদা জ্ঞান্না ফংলক্কদবা মীওইবগী মীনুংশিগী ওইবা ধর্ম্মনি হায়না ঐখোযনা থাজে। অতৈ কাংলুপশিংদগী হান্না মসিবু ফংখিবনা হিন্দুশিংনা চাওথোকচবা য়াবনি; অদুগা অওইবমকসু, আকবর নত্রগা হিব্রুদগীসু হিন্দুশিংনা মাংজিন থংবা কাংবুনি; মীওইবা খুদিংমকপু মশামক্কী মথৱাইগুম থনবা অমদি হিনদুগা জ্ঞান-জগত্তা "অদ্বৈত্যনা" লেপ্তুনা চাওখৎলকলি।"

"অমরোমদা ঐখোয়না খংই, নিতিগী থবক শুদুনা পুন্সি লেনবা কাংলুপ মরক্তা করিগুম্বা ধর্ম্মগী মীওইনা থাগৎপিবা য়াবা চাংচত্তা মীপুম খুদিংবু চপ মান্নবগী মাইকৈদা চংশিল্লক্লবদি হিন্দুশিংনা ময়েক শেংনা উরবা লমচৎ-শাজৎকী ফুমদুনা লৈরবা নিয়ম অমদি মনুং শুনজন্না লৈরবা অর্থ অদু করিমতা খংদ্রবনি -মখোয় অদু ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা কাংবুনি, ইসলাম ধর্ম্মতনি।---- "

"ঐখোয়গী ওইবা হৌরকফমগীদমক্তদি, অচৌবা (পাকশন্না শব্দোক্লবা) ধর্ম্ম অনিগী – হিন্দু ধর্ম্ম অমসুং ইসলাম ধর্ম্ম–বেদান্তগী ৱাখল–জ্ঞান, অমসুং ইসলামগী নিতি নিয়ম – তিন্নবা য়াবা শরুক্না অমতা ওইরবা আশানি।"

"বেদান্তগী আম্না অমদি ইসলাম চংপনা, চরাংনবা ,খংনচৈনবদগী লানথোক্তুন, মতম কয়াগী মতুংদা মপুংফারবা ভারতনা মিংচং লৈবা, লাকচবা ওন্নরোইদবা লৈবাক অমা ওইগনি হায়বসি ঐগী ৱাখলগী মিংয়েংনা উই।"

মসি অমলমোগদা, ১৮৯৮ ইংগী জুন তাং ১০দা ইখিবা চিঠিনি।

ভারতকী খা-মতোন্দা লৈরিবা কেপ কোমোবিন্দগী হিমালয় ফাওবা বিবেকানন্দা মফম শিনবা থুংনা নোংখোংবগুম, ধর্ম্মগী মতাংদা ঙাংলমই, অসুম্না মহাক্না পামজবা মথৌ মপুং ফানা পাংথোক্লমলগা মশাগী চহি কুম্নামাপল শুরকপদা, ১৯০২ দা, সংসার থাদোকখি।

মখাতাবা মীবোন ফাওবা লৈবম্লবসু ৱবিন্দ্রনাথ ঠাকুৱ, বিবেকানন্দগা হৌমীন্নবনি। তৱামাপল শুবা খৃষ্টাব্দদা, বেঙ্গল মনুংদা অহোংবা কয়া, সমাজগী ওইনা পুৱক্পদা ৱবিন্দ্রনাথ ঠাকুৱগী ইমুং মনুংদা লুচিং-শকক য়ারমই। মহাক্কী ইমুং মনুংদা ধর্ম্ম-শন্দোকপা, লাইরিক নিংথিনা ইবা, লাই য়েকপা মীওই কয়া য়াওরমই, অদুবু পুম্নমক্তগী ৱবিন্দ্রানাথনা ইহেন হেল্লমই, তশেংনমক ভাৱতপুম্বদা লাম্বা লৈতবমখৈ মীকোক থোংলমই। মীবোন অনি চুপ্পা শেমগৎ শাগৎপগী থবক তৌদুনা শাংলবা পুন্সি মহাক্না লেনখি; মহাক্না তৌবম্বা অসিগুম্না থবক অসি ঙসিফাওবা চত্থিবি। মহাক ৱাজনিতি 'মীওই নৎলমদে; অদুবু চিবম অসিদসু পংনোপ নোপলমদে; ভাৱতমচাশিংনা নিংতম্লবা মহাক্না ঙম্বমখৈ থৌদাং যাবমই শৈবেং অমসুং ঈশেগী লুপাগুম লংলবা দলানুংদা মহাক্না লৈজনিংলমই। বৃটিশ সৱকাৱনা কা-হেঞ্জিল্লকপদা মহাক্না কুইনা খাংবা ঙম্লক্লবা মতমদা মহাক্না ৱাজনিতি লমদা হেক হেক খোংদাৱক্কে তৌবমই; মাইনী কিথুম পুৱগী মঙংদা তুংলমচত্না থোৱক্কদবা থৌদোক পন্দুনা বৃটিশ সৱকাৱ অমদি মহাক্কী মীশিংবু ৱাৱক্লমই। কুনশুবা খৃষ্টাব্দগী অহানবা চহি কুনগী মনুংদা বেঙ্গল শিননা থুংনা স্বদেশিগী ঈগৌ হৌৱকপদা, মহাক্না মকওইবা থৌদাং য়াখি; অদুম্নদি ওইবগা থৌনা ফাৱগী শরুক থবক অদু মহাক্না থাদোকপা মতমদা অমৃতশ্বৱদা মীযাম হাৎপগী থৌদোক থোকখি। মহৈ মশিং তম্বগী লমদা তপ্পা, অহনবা লৈতনা মহাক্না পায়খৎলকপা শেমগৎ শাগৎপগী থবক্না শান্তিনিকেটনসু ভাৱতকী কলচৱগী মকওইবা মযাইথোকপা মফম অমা ওইহনখি। ভাৱতমচাগী ৱাখলবু মহাকনা মথৌ শংলম্বা, মকওইনা, হৌগৎলকইবা নহারোন্দা জ্ঞানগী থৌনা মহাক্না হাপকৎপা অসি অঙকপনি। মহাক মহাক্না শীজিন্নবা বেঙ্গলি লোন্দা নত্তনা ভাৱত্তা মতমগী ওইনা শীজিন্নববা লোন অয়াম্বা মহাক্না ইবা খুৎইনা শকক খৱ খৱত ওইববসু মওং অমা তাহনখি। ভাৱত মচা অমনা তৌফম থোকপা হক্তগী হেন্না, নোংপোক অমসুং নোংচুপকী তোঙান তোঙান তানা লৈনজবা ৱাখলবু অমতা ওইনা পুনশিনহন্নবা মহাক্না মাইবোং যানা হোৎনবমই, মজাত্তিবু চপ মান্ননা নুংশিহন্নবা য়ুম্ফমবু মহাক্না থোইনা হেন্না পাকচাওবা পাকথোকহনখি। ভাৱতকী পাওবু অতৈ লৈবাক্তা য়ৌহন্দুনা অতৈ লৈবাক্কীবু ভাৱত্তা খংহন্দুনা, পৃথিৱীদা লৈবিবা লৈবাক পুম্নমক খুৎশম্নদুনা চৎমীন্নবা থবক পাযখত্তুনা, থাজবা পোকহনদুনা মপা-লৈতবা পৃথিৱীগী ওইবা ভাৱতমচা অমা ওইবমই। পৃথিৱী অপুমবগী ওইবা ৱাখল চেল্লবসু ভারতগীদমক থোংফম চেৎনা লেপলমই লোয়নননা উফনিষদতা মপুক্লিং থিংজল্লমই। মতম মতমগী ওইনা লাকপা চাওখৎথৌরাংগী অহোংবা তাইওন্নবক্লবসু মশাগী চহি য়ামশিল্লকপা অদুক মহাক্কী মিংয়েং অমসুং ৱাখল হেন্না চেৎশিল্লমই। মতোমতা নায়তোম তাবা মীওই অমা ওইববসু (মশানা ওইবা পামলবসু) ৱসিয়ানা পাংথোকখিবা ঈহৌগী অচৌবা থৌদাংবু, — মরুওইনা মহৈ মশিন তম্বা, কলচৱ, হকচাং ফনবা পায়খৎলকপা অমদি মীপুম খুদিংমক অমতা ওইনা চপমান্নহন্নবা পায়খৎপা থৌরাংবু মহাক্না থাগৎলমই। নেসনেল্লিজম হায়বসি পুকচেন পীকপা ৱাখলনি; নমথবনা মথৌ ওইববা ইমেবিয়েলিজমগা তত্তনা ময়োক য়াবদা নেশনেলিজমনা নিংবা কায়বা অমসুং চম্মনবা পোকই। তোঙান তোঙানবা থবক থৌবমদা গান্ধিনা তৌরম্বগুম্না ৱাখল চম্মনবা মীশিংদা লৌশিংগী মঙান মহাক্না পীরম্মী, মীওইবগী কান্নগদবা মাইকৈদা মীশিংবু ৱাখল খলহল্লম্মী, মসিমক ভারতকীদমক টেগোৱনা পাংথোক্লম্বা অচৌবা মথৌদানি। ভারতবাসিগী ফনবা খনবা, টেগোৱনি।

কুনশুবা খৃষ্টাব্দগী অহানবা তত্থাইদা, টেগোৱ অমসুং গান্ধি, ভাৱতকী তোমথীন ওইবা মীথোই মীহেনবী মীওই ওইবমই হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে। মবানি অমগা অমগা খেৎনবা, মায়বা, খালানা (খলনা) চাংদম্লবদি পুক্লিং লৌশিং ওইনিংঙাইনি। তৌথোৱকপা থবক, খন্দোৱকপা ৱাখলদা মবানিনা অমগা অমগা খেৎনবা অদুগুম্বা অতৈ মীওই অতাংবনি

(লৈরমদে)। নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা পোক্লবা কবি টেগোরনা ডিমোক্রেটপু অতোনবা লৈত-লাইরবা মীওইববু মীনুংশিনা য়েংবা ওইনা লৌরমই; মরুওইনা ভারতকী কলচর অমসুং চৎনবীগী শক্তম্না মহৎশিলহল্লম্মী। মীওইবগী পুন্সিবু মপুংফাহনবা লোয়নননা ঈশ্বর অমসুং জগোয়না মপুং ওইববু চৎনবী ওইনা মহাক্লা লৌরমই। মী মরক্তা তোমথিন ওইরবা, ভারতকী লৌমী শেমগৎনবা পোক্লবা গান্ধিনা ভারতকী থাইনগী ওইবা চৎনবীবু মশাগী ওইজবা থাদোক্পা অমদি সাধু সৈন্যাসীগী ওইনা লৌরমই। টেগোরনা ৱাখল খনবা মী অমা ওইবা অদুক মহাত্মা গান্ধিনা পুক্লিং অনিলোংদনা, মাইরোং য়াবা, লোয়নননা লৈত্রবা থবক্কী মীওই ওইরম্ই। থবক থৌওংদা খেৎনরবসু মবানিনা খল্লকপা তৌথোরকপদা পৃথিবী অপুম্বগী ওইনা তৌরমই অদুম্নদি ওইরগা মপুংদা ভারতকী ওইনা তৌই। ভারতকী মতাংদা মখোয় অনিগী খেৎনবা অমদি মান্নবা, ৱাখলগী লিচিং লৈনরবসু অমনা অমবু মপুং ফংহল্লমই।

হৌজিক ওইরিবা ঐখোয়গী ফীবম অসি তানবা টেগোর অমসুং গান্ধিনা ঐখোয়বু লূচিংবীরকপনি। তৌইগুম্বসুং থাইনগী ওইবা মতমগী মতাংদা, ঐখোয়না খন্নরকলি লোয়নননা মতম অমদা ভারতনা চাওজরম্না অমদি মদুগীদমক্তা চাওথোকচরম্না মতাংদা অতৈনা অমসুং বিবেকানন্দানা মতিং থোকনা ঙাংলম্বদগী ভারতকী প্রজা, মকওইনা হিন্দুশিংগী ওইরক্কদবা ফীবমবুসু ঐখোয়না খন্নরি। হৌপ্রবা কয়াদা য়ুম্ফম ওইদুনা লৈবগী মহত্তা তুংদা ওইরক্কদবা থোক্লগদববু মাংজৌননা য়েংশিল্লবা বিবেকানন্দনা ভারতবাসিশিংদা চেংনা হায়রম্মী। মহাক্লা ইরমই "হে ঈশ্বর, করম্না মতমদা, হৌপ্রবদা তাংদুনা অহোংবা লৈতনা লৈবদগী ঐখোয়গী লৈবাক্লা নাম্থোক্কদবগে ? মহাক্লা অমদি অতৈনা হৌপ্রববু চিংথোক্লম্মী; তৌইগুম্বসুং মদুদা (হৌপ্রবদুদা) মতমদুগী মগুণদি লেংদনা অদুম মরৈরমই, অদুগুম্বা মগুণ অমদি মিংচৎ অদু মাংবদি য়াবরোইদবনি।

থাইনগী ওইবা সাহিত্য অমসুং ইতিহাসপু নৌহৌননা নৈনবা, লোয়নননা মতোমতা থুপ্পুনা লৈজরবা, নোংপোক সমুদ্রদা লৈবম্বা ভারতকী লোয়লমগী ৱারী নৈনবনা হৌখিবা মতাং হঙ্গত্তুনা য়েংবা, অমদি মাদুদগী ফংলকপা নুঙাইবা পুম্নমকসিনা পুন্সিগী মতাং খংজিনবদা মতেং পাংলমই। ময়াই ওইনা লৈরম্বা হিন্দু কাংলুপ্পা মখোয়গী মথৌনা অমসুং মজাত্তিবু নুংশিজবম্বা ৱাখলনা পাথাং পুথাং মথং মথং চত্থরকপবু হেন্না থাজজবদা মিশেস অন্নিয়া বসন্তনা হেন্না মথৌ হাপলমই। মসি পুম্নমক্কী মতাংদা লাই-তিন অমসুং ধর্ম্মগী মচাক কয়া য়াওরমই লোয়নননা মদুদা বাজনিতিগী হৌবকফম য়াওবমদবা নত্তে। হৌগৎলকইবা ময়াইওইবা কাংলুপকী মীওইশিংনা রাজনিতিদা মথৱাই য়াওরমই ধর্ম্মগী মবমদা অদুক হাক্লা থিজিন খোৎচিনবা থবক মক্তিং তৌরমদে ; অদুম্নদি ওইরগা মখোয অসিগী হৌরকফম, মশক মুন্না শেংনা খংনবা, মপানলমগী মীনা লৈবাক জয় তৌবা অমদি মখোয়না চৎহনবা নিয়ম নিতিনা হন্দুনা লৌদুনা নিংবা কাইহনবা কোকহন্নবগীদমক, মখোয়গী ওইনা মহৌশাদগী লৈজবকপা কলচবগী অশেংবা মরূবু মাংহন্দবা কাইদনা মখোয়না থম্বা পান্নমই। লৈবাক খুদিংদা মজাত্তিগী ইহৌ লাকপগা ইরোইননা ধর্ম্মতগী নত্তনা হৌপ্রবা হীবম কয়াগী মতাংদা থিজিন খোৎচিন্নরমই। মশাগী ওইনা লৈজবা ধর্ম্মদা থাজজববু শোম্থহনবা তৌদনা ইসলাম ধর্ম্ম পোক্লেকৈঙে মমাংগী মতমদা চাওজরম্বদু থৌবাংনা হঙ্গত্তুনা ইরান্না থিগৎলমই; অদুগুম্বা নিংশিং ৱাখলদা তোংদুনা মজাত্তি নুংশিববু হৌজিক হৌজিকমক কনখৎহন্নবা হোৎনরমই। অতৈ অতৈ লৈবাক্তসু মদুমঙাই। ভারতকী লৈজবা মখল কয়াগী কলচবগা লোয়নননা হৌপ্রবা ভারত্তা হিন্দু, পাণ্ডন, খৃষ্টান অমসুং অতৈ তোঙান তোঙানবা জাত্তিশিংগী হায়বদি ভাবতবাসি পুম্নমক্কী অপুনবা অমত্তা ওইবা হৌরকফম লৈরমই; ভারতবাসিগী অহল লম্মনশিংনা মাদুবু শেমগৎ-শাগৎনবদা মতেং পাংনবমই। মমৈথংদা মথং মথং ওইনা অতোপ অতোপ্পা ধর্ম্ম লৌনগ্রবসু মদুনা মখোয়গী হৌবকফমবু মাংহন্দুনা মখোয়গী হান্না লৈবম্বা শক্তমবু মুথৎপা নত্তে; গ্রীকশিংনা খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎগ্রবসু মখোয়গী অহল্লম্মনশিংনা নত্রগা ইটলিদা লৈবম্বশিংনা বোমান বিপল্লিক মমাংদা লৈরম্বা সম্রাজগী ফাওরবা মতমদা পাংথোকখিবা অকন অথৌগী থৌদাং কয়া'মাগী চাওথোকচবদু মাংহনবা য়ারোই। ভারত্তা লৈবা মী পুম্নমক্লা পাণ্ডন খৃষ্টান ওনগ্রবসু ভারতকী লৈজরম্বা লৌরিবা কলচবনা হৌজিক ফাওবা লেংদনা লৈরি ভারতমচাবু পুক্লিং থৌগৎলি; পুন্সিগী মতাং কয়াদা মায়োক য়াখিবা, ৱাখলগী লানফমগা লোয়নননা লৈরক্লবা, সভ্যতাগী কুইরবা রেকোর্ডনা ভারতমচাদা পীরিবা পুক্লিং থৌগৎলিবা, ভারতকী চাওথোকচনিংঙাই ওইববা, মিংচৎ অমদি অতৈ লৈবাকশিংগা মীমাম্নগা লৈজরম্বা শক্তি মথৌনা, শাংনা লৈরক্লবা কলচরনা ভারত মচাশিংদা পীরি।

মনিংতম্না ;জাত্তি অমা ঐখোয়না ওইরম্লবদি লৈবাক অসিদা লৈরিবা ঐখোয় পুন্নমক্লা, হৌজিকমক, তুংগী অপুনবা মিংচৎ ইনামগীদমক অমত্তা ওইনা পুন্না হোৎনমিন্নদুনা ঐখোয় পুন্নমক্কী চপ মান্ননা লৈজবা চাওখোকচবা ৱাখলগা লোয়ননা ঐখোয় পুন্নমক্কী ওইরবা থোকত্রবা হৌশ্রবা থৌরমদবু, চিংনবা লৈত্তনা, হৃজত্তুনা য়েংলমগদবনি। তশেংনমক মোগলনা পানবা মতমদা, মখোয়না নৌনা লাকপা মীনৌ ওইরম্লবসু, নিংথৌরেন অমদি মখোয়গী লোয়নবশিংনা হৌশ্রবা থৌদোক্কী মরী লৈননা মখোয়গী শক্তম তাকপা পাল্লমই লোয়ননা অতৈদসু মদুগী শরুক থুংনিংলমই। মীওইবগী ৱাখল অমদি অশোনবা পাংজদনা চিংনবা লৈত্তনা মতেং পাংদুনা পুথোকপা ইতিহাসকী থৌদোকশিং অমদি থৌরম পরেং লমফৈদা খেৎননা ফৈদোকপা অমদি মান্নদবা কয়া য়াওরি। খেৎনবা, অহোংবা মহৌশাগী ওইবা চাওখৎ খোংচৎপু থিংলি। নোংচুপ মাইকৈলোমদগী লাক্তুনা খুন্দাখিবা, খুৎশা হৈবগী থৌরম অমদি শেন্থুমগী ফীবমদা ইরোইননা লাকপা অহোংবনা, ফীভম শেমখিবা অনৌবা ময়াইওইবা থাক্কী মীনৌশিংগী অমত্তা ওইবা অপুনবা হৌরকফম, পাণ্ডওন ওইরবসু হিন্দু ওইরবসু, চপ মান্ননা, লৈফম থোকই হায়বসি মী খুদিংমক্লা নিংনরি, থাজনরি। খরমখৈদি মসি চুম্লবনি, অদুবু মীয়ামগী মরক্তা, জামিন্দারগী মখাদা পুরা নত্রগা খরমখৈ মখা পোয়া লৈবা মীশিংগী মরক্তা, খজিক্তা ওইরপস্ু য়ান্নসু য়াম্লবু ওইববসু খেৎনবদি অদুম মরৈরি। হিন্দু অমসুং পাণ্ডওন মীয়ামগী মরক্তা অমগা অমগা খেৎনবা পাক খংবা ওমদে; মহৌশা লৈবম্না ইনাকখুনবা অৱাংবা থাক্কী মীওইশিংদি মখোয়গী অমতওইনা মান্নবা য়ুম্বান কৈবান লমচৎ থোয়না চাওখৎখি। অমত্তা ওইবা কলচর, চৎনবী অমসুং হরাও কুম্মৈদা মখোয়না চপমান্ননা চত্থমিন্নখি। অদুগা ময়াইওইবা মীওইশিংদি মানা মানা পাম্বা তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা লম্ফাংনখি।

মৈহৌরোল্দগী হৌনা, পাণ্ডনগী মরক্তা অনৌবা ময়াই ওইবা য়ুম্বানগী মীওইদি ওসি ফাওবদা য়াওদে। নোংচুপকী লাইবিক তমদবা, লল্লোন-ইতিক য়াওদবা, লৌ-চাবগী থবক্তা মাইপুনখিবনা মখোয়না হিন্দুনা খুদোংচাবা পীখি, মদুদগী হিন্দুনা কান্নবা ফংখি, মখোয়না মখোয়গী ফীবম হোংদনা লৈখি। অতৈ মফমদা লৈবা পাণ্ডওন নত্তনা পঞ্জাবত্তা লৈবা পাণ্ডওনতনা নোংচুপ লমগী লাইরিক লাইশু হেন্না লায়না তমখি, পঞ্জাব নত্তনা বৃটিশ পোলিসিনা হিন্দুগী কান্নবা পাণ্ডওনগী অমাংবা ওইখি। পঞ্জাব ফাওবদা, হিনদু পাণ্ডওন অনিনা খুদোংচাবা চপ মান্ননা ফংলবসু শেন্থুমগী ফীবমদদি হিন্দুনা পাণ্ডওন্দগী হেয়া ফৰমই। অদুম্নদি ওইরগা হিন্দু, পাণ্ডওন, অচৌ অশাং, অমদি মীয়াম পুমবনা চপ মান্ননা (বৃটিশকী) মপান লমগী ৱাখল অমদি থৌরম্বু যানরমদে। ১৮৫৭ লালহৌ, মীয়ামগী অপুনবা থৌশিননি; লালহৌ অদুবু নমথবদা পাণ্ডওয়া খিৎ হেয়া শোক্লমই; অচুম্বমক, কা হেয়া পাণ্ডওয়া অৱাফম তাখি। দিল্লিগী সম্রাজ অমুক হল্লকখিগদ্রা হায়না খন্নরম্বা ৱাখল অমদি মংলম্বা মং লালহৌ অদুনা মরু ফুকতৎখি। ভারত্তা বৃটিশকী শক্তম উত্রিংঙৈ মমাংদা সম্রাজ অদুদি মুৎথরক্লবনি। মারাঠাশিংনা শুরুক্তুনা দিল্লি অসিমক মখোয়গী খুৎ চনত্রবনি। রণজিৎ সিংহনা পঞ্জাবত্তা পাল্লমই। বৃটিশকী খুৎ য়াওদনা মতমদুগী দিল্লিগী শাসন অৱাং ভারত্তগী হেনখিদ্রবনি; খা ভারত্তা দিল্লি শাসন য়ৌখিদ্রবনি। অদুবু মমিদা ডাইরবা নিংথৌরেম্না দিল্লি কোনুংদা অদুক ফমজবদুমণ্ডাই; মথং মথং ওইনা মারাঠা অমদি বৃটিশকী পেন্সিন্নার ওইনা মহাক লৈখি; ফাওরবা শাগৈ মহাক্লা খুদম অমা ওইনা লৈরমই। মশানা শোঞ্জরবা, হৈনিংবা পোকচদ্রবা, অদু ফাওবদা লালহৌগী শরক্তা লালহৌরিবশিং, অদুনা খুদমতা ওইনা লৈরিবা নিংথৌরেল অদুগী খুদোংচাবা পীরমই। অদুবু লালহৌ অদুনা লোয়খিবগা লোয়ননা খুদমত্তা ওইনা লৈরম্বা সম্রাট অদুগীসু অরোয়বা ওইখি।

লালহৌগী মতমদা কীনরম্বা ৱানরম্বা অদুদগী খর খর ফরক্তুনা মীপুম খুদিংমক মনুংশ্বাসর খজিক হোয়বক্লবদা ৱাখলনা তং-তাদবনা খনফম তৌফম খংলমদে। কান্নবগীদমক য়েংলুরবদি, বৃটিশকী শাসন য়াফম থোক্লবনি খ্বাইনা; অদুবু হৌশ্রবা মতমগী শাসন্না অনৌবদগী হেন্ন ফরমই খল্লুবনা, পুক্লিংদা চিংনবা পোক্লমই, পুক্লিং ইরাং লাংলমই, মশাদা থাজবা পোকলমদে। লালহৌরমদাইদা তৌশ্রবা শাসনগী মরমদা পাম্ন খন্নরমই, ঐহাক্লা হান্না হায়ত্রবদুনি, বেঙ্গল অমসুং অতৈ মফম কয়াদা হান্নগী শাসন পাম্বগী ৱাখল-ঈহৌ পোক্লরমই। অদুগা হিন্দুগী পাণ্ডন্না য়ানা হেন্না হান্নগী ওইবা ফীবমদা লৈনিংলমই; নোংচুপ হারমগী লাইরিক, মখোয়না তম্বা পামলমদে, মতম অমদা মহৌশা লৈরম্বা ইংনা পাল্লম্বদু অমুক হঞ্জিনহন্নিংবা, তুমদন-মং মংলমই। মংলম্বা মং হৌজিক মংদ্রে, মদুনদি মখোয়না পাম্বা করিগুম্বা অমা লৈরম্বা তাই। অদুবু নোংচুপ হারমগী লাইরিক মখোয়না হৌজিক ফাওবা তম্লদ্রি। অফ-ফত্ত কয়া খন্নৈনেববা তুংদা, অৱাবা কোঙ্গোই মাইয়োক য়ারবা তুংদা তপ্পা তপ্পা স্যার

সৈয়দ অহমদ খান্না ইংরেজি তম্নবা মখোয়গী পুক্লিং ওলহন্নলগী লোয়ননা অলিগড় কলেজ লিংখৎলমই। সরকারগী থবক তৌহন্নবগী, মুদনা, য়ুম্ফম ওইরমই, মতম শাংনা য়ানিংলমদবা অয়ানবনা অচুম্বা ওইনা ;হান্না পোকখিবা পুক্লিং, সরকারগী থবক তৌবা হৌরকপনা লায়না কোকহনখি। লাইয়িক হৈবদা সরকারগী থবক তৌবদা হিন্দুশিংনা য়াম্না হেন্না খুমাং চাওশিনখিববু মখোয়না পামলমদে থৌশারমদে; অদুম্নদি ওইরগা, অসুম্না হিন্দুনা য়াম্না হেন্না মাংলম থাখিবনা মখোয়বু পামহন্নবা য়েংন নৈনবদা অকনবা পাঙ্গল হাপলমই। কল-কারখানাগী থবক-লমদসু পার্শী অমসুং হিন্দুনা মাংজিন থাখি; অদুফাওবদা, সরকারগী থবক তৌবতবু পাঙগনশিংনা পুক্লিং চংনা পামশিল্লমই।

মখোয়গী থবক্তা অনৌবা লিচিং অমা লাকইবনি, চাংদম্নদুনা য়েংবদা, মখোয থবতগী মনুংতনদা ওইনা তৌই; মদুনা মখোয়গী য়াখলগী চিংনবা, চমন্নবা, কোকহনবা ঙম্নমদে। হিন্দুগী মনুংদসু মতৌ অসুম্না হৌগ্রবা কয়াবু নিংশিংলুরগা মমাংঙৈগী ফীবমবু শোন্নদবদি নত্তে। থাইনগী ওইবা দর্শন শাস্ত্র, সাহিত্য, লাই, খুৎশা হৈবা অমদি ইতিহাসনা নুংঙাইবা থবমখৈদি পোকহল্লি। রাম মোহন রায়, দয়ানন্দ, বিবেকানন্দ অমসুং মীওই কয়ানা য়াখলগী অনৌবা ইহৌ পোকহল্লি। ইংরেজি সাহিত্যগী চাওরবা পুক্কৈদগী চেষ্টবকপা জ্ঞানগী ইচেম্দা লুপ্পুরবা ভারত্তা পোকখিবা, থাইনা লৈরম্বা মুনি ঋষিগী, অকন অগৌশিংগী য়াখল মখোয়না তৌবম্বা থবক, য়ারি-য়াতাই চৎনবোন, মগোয়না অঙাং নন্না ওইরিঙৈদগী চুনবকলবা পূম্বদা, অহোইননা, মখোয়গী য়াখল মপুংফানা লুপলি।

চৎনবকপনা ঈ-তোংদা পকন্নবা পাঙগন মীপুমদা মসিপুম্বা অমতা ওইনা চপমান্নবমই। অসুম্না মহৌশাদগী চৎনবকপসু মকোকথোংনা য়াংলুপকী পাঙগনশিংগী পিং হেন্না চেৎশিন্ন, ঙাক্লমই; ধর্ম্মগা থরমখৈ মান্নবা মহৌশাগী চৎনবীবুদি মখোয়না থৌশাবমদে, অসিগুম্বা চৎনবীবু ইসলাম ধর্ম্মনা য়াদে হায়না মখোয়না লৌবমই। মখোয়গী জাত্তিগী মহৌশাগী ওইবা চৎনবীগী হৌরকফম মরুবু মখোয়না মফম কয়াদা থিজিন শুমজিল্লমই। মোগল অমসুং অফগান্না ভারত্তা পানবা মতমদা থরমখৈদি মখোয়না ফংলমই; তৌইগুম্নসুং মদুমক্তা মখোয়গী অপাম্বা অন্নাৎপবু নিংবা থুংনা মেনশিনবা ঙমলমদে। মতম অদু হিন্দু অমসুং পাঙগন জাত্তি অনিমক্তা চপ মান্নরমই; অদুগা মীরৈবাক মচা চংলকপগী য়াখল অদু হিন্দুশিংনা খল্লমদে। মোগল নিংথৌশিংবু ভারত জাত্তিগী নিংথৌমক্তি হায়না খল্লমই, অদুম্নদি ওইরগা আওরজেবকী মতাংতদি মত খরা খেৎনবমই। হিন্দুশিংনা থাগৎখিবা আকবরবু চহি কয়ারোম অসিদা পাঙগন খবনা য়ানিংলমদে। মহাক পোকপগী চহি ৪০০ শুবা কুমওন পালন হাকুম তৌখি। পাঙগন কয়ামরুম য়াওনা কাংলুপ অপুম্বগী মীশিংনা কুমওন পালন অদু য়াওখি; তৌইগুম্নসুং মুসলিম লীগতি য়াওখিদে; নাথৈদুনা লৈখি মরমদি ভাবতপু অমতা ওইনা পুনশিনহনখিবগী (ভারত্তা এক্তা পুরকপগী) অকবরনা অন্নাবা খুদম ওইখি।

কলচরগী হৌরকফম থিজিনবা ভারতকী পাঙগনশিংনা (হায়বদি ময়াই ওইবা কাংলুপকী পাঙগনশিংনা) ইসলাম ধর্ম্মগী য়ারী ফংখি লোয়ননা করম্বা মতমদা ইসলামনা বাগ্দাদ স্পেনা, কসটাটিনোপল, মধ্য এশিয়া অমসুং অতৈ লৈবাক কয়াবু লায়না জয় তৌখিবগে হায়বদু খংলকখি। অসিগুম্বা য়ারী অসি পাবদা নুংঙাইবা পোকখি; লোয়ননা ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা মরী লৈনখি। অতোপ অতোপ্পা লৈবাক কয়াদগী পাঙগনশিংনা লাই খুরম্বা লাক্লবা মাক্কাদা, মখোয়সু হাজ তীর্থ চৎপা হৌখি। তৌইগুম্নসুং অসুম্না মরী মখোং থীবগী থবক অসি পল্লেপফম অরোইবা নাইবনা অমদি থোয়না কান্নরবা ভারত্তী হেন্না চখোক্তবা ভাবত্‌কী পাঙগনশিংনা মদুদা পুক্লিং চংশিনখিদে। দিল্লিদা পানখিবা অফগান পাঙগানশিংনা, মরুওইনা মহম্মদ টোগলোক্না কায়রোগী খালিফা (খালিফ) পু মশক-খংখি। কন্সটটিনোপদা পাল্লম্বা অট্রোমেন নিংথৌরেনশিং মমৈথংদা খালিফা ওইখি, তৌইগুম্নসুং অসুম্না ভারতনা মখোয়না মখোয়বু মশক খংলমদে। ভারত্তা পাল্লম্বা মোগল নিংথৌরেনশিংনা খালিফ অমতবু নত্রগা ভারতকী য়াংমদা লৈবা ধর্ম্মগী মীকোক থোংবশিং অমতবু মশক খংদে (ইকাই খুম্নদে) টার্কিসকী সুলতানগী মমিং ভারত্তা লৈবা মসজিৎশিংদা মমিং পন্নরকপসি তরামাপল শুবা খৃষ্টাব্দগী হৌগৎলকপদা, মোগল-শক্তিনা মপুংফানা মুৎখ্রবা মতুংদা ওইরমই। অসুম তৌরকপসি (খ্যাটিনি) সিফাই লালহৌ মতুংদা মপুং ফানা খংনরকখি।

মরু ওইনা অতৈ লৈবাক কয়াদা অমদি অমতা ঙাইরবা মনিংমখা তম্নবা মুসলমান শক্তি পায়বা টর্কিদা মহৌশানা লৈজরক্লবা ইসলাম ধর্ম্মনা চাওখৎলম্বদু খল্লুবদগী ভারত্তা লৈবা মুসলামানশিংনা চৎনবীগী অপেনবা খংলকপা ঙমখি। অসুম্না

পোক্লকপা ৱাখল অসি ভারত জাত্তিগী চংনবোনগা মায়োক্লবা অমদি য়েংনবা লৈবমদে; অশেংনমক মদুবু হিন্দুশিংনসু থাগৎনরমই লোয়ননা ইসলামগী ৱাবীবুসু নিংথিনা খংনবমই। টর্কীগী মীশিংবু মথোয়না লুনা চান্না তৌরমই মবমদি ইউরোপকী মীনা লান্দাবকপদা অৱাবা নংলবা এসিয়াগী মীপুম ভারতকী মীশিংনা টর্কীগী মীশিংবু লৌবমই। অদুন্নদি ওইবগা মনুংমক হেক য়ৌবদি নংলমদে, খবা খেংনবমই, পাঙওন্না লৌনবন্নগুন্না, ভারতকী হিন্দুশিংনা খল্লমইবদুনা, চংনবীগী দরকার ওইবদুমক য়ৌনা ফোংদোকপদি নংলমদে।

সিফাই লালহৌৱবু লাকশিনল্লবা তুংদা, কবন্না মওংদা চত্থাগদবগে খনবদা পাঙওনশিংনা নুংনাংবা পোক্লমই। হিন্দুশিংবু লাকশিনবদগী হেন্না কনশিন্ন, বৃটিশ সরকারনা পাঙওনশিংবু লাকশল্লমই, অসুম্না নমথরম্না অদুনা পাঙওন কাংবু অমবু মকওইনা য়াম্না শাথিনা শোকহল্লম্মী, মদুদগী ময়াই ওইবা অনৌবা কাংবু, লল্লোনইতিক তৌবা কাংলুপ অমা থোকহনখিবন্মী। মথোয়না মথৱাই নুংঙাইবমদে অতোনবী মচাগুম তোঙান তাহনবগুম নিংনবমই; লোয়ননা বৃটিশকা যান্দবা হৌখি, বৃটিশকী মায়োক্তা লৈখি। চহি হুম্ফুতবাগী মনুংদা মথোযবু বৃটিশনা যেংবা মিৎয়েং, খবা খবা ওইনা হোংখি লোয়ননা মথোযগী যনবা মাইকৈদা, বৃটিশ পোলিসি লৈশিন্নকাপ। বৃটিশ সরকারনা অবেপ্পা লৈতনা তাংশিল্লকইবা জাতি পুম্বা চাং অমদা অথোয় অহেন নাইদনা থমনিংলকপনা, মকওইনা অহোংবা অসিমক খোকহনখিবনি। অসুম্না চত্থবকপা খোংচল্লা স্যার সৈয়দ অহম্মদ, খাঁননা মকওইবা থৌদাং য়াখি। বৃটিশ সরকারবগা খুৎশম্নদুনা চত্থমিন্নবনা পাঙওনশিংবু লাওখহনবা ভূমগানী হায়র্বাসনক মহাক্কী থাজবা ওইবমই। ইংরেজি তম্ববু পাঙওনশিংনা হৌহনিংবা অসিমক মহাক্কী খোয়বাংবা অপাম্বনা। অসুম্না মহৌশাগী ওইবা চৎনখোংচৎকী অবেপ্পা ৱাখলদগী পাঙওনশিংবু মহাক্না চিংথোকর্নিংলমই। ইউরোপকী সভ্যতা লৈবদা মহাক্কী মথৱাই তাবা য়াম্না পামশিনবা পোকখি। ইউরোপুগী মঙোন্দা ইবকপা চিঠি খবনা, মহাকপু মহাক্কী পামশিনবা ৱাখলনা, অসুক্কী মতিক মাগী ৱাখল চিংশিনখি, মদুনা মাইকৈ অনিগী ওইনা খনবা ৱাখলগী চাং মাংহনখি।

স্যার সৈযদ মতমগা চান্নবা, নিংহনবা লৈতবা বিফোর্ম্মার অমনি; লোযননা ইসলাম ধর্ম্মবু, মতমগী ওইবা বিজ্ঞান্নিক্কী ৱাখলগা চাশিন চুংশিন্ননা পুশিন্নিংলমই। যম্ফম ওইনা লৈনবিবা ধর্ম্মগী থাজববু থুগায়দনা ধর্ম্মগী মবমদা খুৎনা ইদনা লৈবমইবা খুৎই লাইবিক্কী মবোনবু, মবমচাবা মওংদা, অর্থ হন্দনা, মসিমক তৌনা তাবমই। হৌনকফম তাংকপ্তা ইসলাম অমসুং খৃষ্টান ধর্ম্ম অনিগী চপ মান্নববু মহাকনা পুথোক্লুনা তাকলমই। টর্কীগী খালিফপু ইকাইখুম্নবগা লোযননা যানা চৎলিবা মদুমক্লা, মাগা মাযোক্লবমই। পুম্নমক্কী মথক্তা, অনৌবা মশল অমা ওইনা তম্না য়াবা লাইবিক মতম্নী অমা পুথোক্লবা মহাক্না তোৎনবমই। জাত্তিগী হৌগৎলকইবা ইহৌনা মহাকপু কীহল্লমই; মবর্মদি বৃটিশ সরকারবগা মুকনবকপনা, লাইবিক তমতনবগী মহাক্না প্রোগাম পুথোকবকপদা, বৃটিশতগী মহাকনা ফংইবা মতেং অদু ফংলক্লবা য়াই হায়বসি মহাক্কী থাজর্বানি। বৃটিশকী মতেং অদু মঙোন্দদি য়াম্না মকওইনা কান্নবা ওইবমই; মবম অদুনা পাঙওন মবক্তা বৃটিশপু য়ানিংদবা শোর্কালবা ৱাখল নমথনবা মহাক্না লাকনবমই; লৈবাক ইহৌ পুরকইবা নেশনেল কঙ্গ্রেসতা পঙওনশিংনা য়াওদনবা মহাক্না তোৎনলমই। "ভারত্তা লৈবা মুশলমানশিংদি বৃটিশ সরকারবগী মতিক চাবা কান্নবা প্রজানি" হায়না, মহাকনা লিংখৎপা আলিগড কলেজদা লাওথোকপশিংগী মনুংদা অমনি। নেশনেল কঙ্গেসকা মহাক্না মায়য়োক যাবমদে মবর্মদি মসি খ্বাইদগী কনবা হিন্দুগী ওর্গেনাইজেসন অমনি হায়না 'মহাক্না লৌবমই; মহাক্না মসিবু য়াবমদে মবর্মদি মসি বাজনিতিদা কা হেন্না খুমাং চাওশিল্লমই; (মতম অদুদা মসি মতমগা চান্ননা সেংনা চত্থবরসু) অদুগা বৃটিশকী মতেং অর্মদি বৃটিশকা খুৎ শম্ননা চৎমিন্নবা মহাকনা পান্নমই। সিফাই লালহৌ মতমদা পাঙওন পুম্না অমতা ওইনা লালহৌবা য়াওদে মথোযদি বৃটিশকী শাসন মখাদা য়াম্না হাযবা ইননা লৈবমই হায়না উংনবা মহাক্না হোৎনবমই। কবিগুম্না মবম অমদা মহাক্না হিন্দুবু য়াদবা তৌবমদে নত্রগা কাংলুপকী ওইনসু মহাক্না তোখাই তানা লৈতে। ধর্ম্ম খেংনবনা বাজর্নিতিদা অর্মদি জাত্তি অমা শেমগৎপদা কবিমতা কায়দে হায়না ইতত্তনা মহাক্না কন্না হায়বমই। মহাক্না হায়বমই, "নখোয় লৈবাক অমতদা লৈমিন্নবা নত্রা ?" মহাক্না হায়বমই, "হিন্দু অমসুং পাঙওন হাযবা ৱাহৈশিং অসিনা তাকপদি ধর্ম্ম খেৎনৈ হায়র্বানি মাদু নিংশিংউ: অদুগা লৈবাক অসিদা লৈবিবা হিন্দু নত্রগা পাঙওন অদুদগী হেন্দুনা খৃষ্টান ফাওবা, পুম্নমক পুনশিল্লগা জাত্তি অমা ওইবিবনি, শেমলিবনি।"

স্যার সৈয়দকী তৌবা ওন্না, মমিং চৎপা, মন্নপ মপাং কয়া অমা লৈরমই। অচুম্বা লম্বীদা চৎশিল্লকপনা, মীয়াম কয়া অমদি লায়বদুনা সৈয়দ চিরাগ আলি অমসুং নব্রাব মোহসিন-উল-মুল্কনা মহাকপু মতেং পাংলমই, শৌগৎলমই। লাইরিক তমহন্নবা মহাক্না লৌখৎলকপা অকনবা থৌদাংনা মুন্সি করমট আলি, দিল্লিগী মুন্সি জাকৌলাহ, ডাকতর নাজির অহম্মদ, মৌলানা শিব্লি নোমানি, উর্দু-সাহিত্যদা ফাওরবা মীওইশিং-মরক্তা অমা ওইরিবা কবি আলিগী পুক্লিং চিংশিল্লমই। ইহান হানবা ওইনা পাঙগুনশিং ইংরেজি তমহনবদা অমদি রাজনিতি য়াওহন্দবা রাজনিতিগী বাখল-থৌরমদগী লাপথোকহনবদা স্যার সৈয়দনা মাইপাক্লা থৌওমলম্মী। পাঙগুনতগী ওইবা, মহক্কদন এডুকেসনেল কনফরেন্স অমা তৌরমই; ময়াই ওইবা থাক্কী পাঙগুনশিংবু লাইরিক তমহনবা, থবক তৌহননিংবা (সরকারগী থবক তৌহননিংবা) পোকহল্লম্মী।

অদুবু মকোক থোংবা পাঙগুন অমতনা নেশনেল কঙ্গ্রেস য়াওখিদে। বৃটিশ পোলিসি, মরুওইনা, পাঙগুনগী ফনবা ঙাক ওইনা তৌরমই; অমরোমদা জাত্তিগী ইহৌবু য়ানিংদনা, মায়োক য়াবা, পাঙগুনশিংগী কান্নবা য়েংদুনা শেন্না ওইনা তৌরমই। অদুম্নদি ওইবগা কুনশুবা খৃষ্টাব্দ হৌগৎলকপদা, মজাত্তিবু নুংশিবা মরৈবাক নিংবা অমদি রাজনিতিগী অকনবা থবক পায়খৎলকপা, পাঙগুনগী হৌগৎলকইবা মীরোনগী মবক্তা খবা খবতা ওইনা উনবকখি। মসিদগী নাম্বোক্তুনা ফীবম থোয়না চেৎশিনহন্নবা বৃটিশ সরকারনা ইনশিন্দুনা মকোক ওইবা লুচিংবশিংগী মনুংদা লুচিংবা অমা ওইবা আগা খাঁনগী লুচিং মখাদা, ১৯০৬ তা মুশলিম লীগ লিংখৎখি। লীগ অসিগী মকওইবা ওকজেক অনি লৈবমই; বৃটিশ সবকাবনা হায়বা ইনবা অমসুং পাঙগুনশিংগী চাওখৎ থৌবাং অমদি ফনবতা তৌবা।

মসিমখৈ খংজিনবা য়াই, মদুদি সিফাই লালহৌ মতুংদা স্যার সৈয়দ অহম্মদ খাঁন য়াওনা ভাবতকী পাঙগুন মনুংদা লৈবন্না লুচিংবা পুন্না, থায়নদগী চৎনবকলবা লাইবিক-মতম্বীগী মখাদা লৈরকপা মীওই ঙাক ওইনা তৌবমই; কাযনথংদতনি মখোয়না ইংরেজীগী জ্ঞান তানশিনখিবা লোয়নবা নৌনা ফংলকপা বাখলনা খুদুম চনখিবা। নৌনা তন্নুবা নোংচুপ মাইকৈগী মহৈ মশিম্না শিংথানবা য়াবা কন্না'মতা থোকহনখিদে। উর্দুদা হ্বাইদগী মীকোক থোংইবা কবি, ভারত্তা মতম অদুদা, সাহিত্যগী লমদা তোমথিন ওইনা খংনরবা নিপাদু খালিবনি; মহাক সিফাই লালহৌ মমাংদগী হৌনা মীকোক থোংলক্লবনি মমিং চৎলক্লবনি।

কুনশুবা খৃষ্টাব্দগী হৌগৎলকপা চহি কয়াদা, মুসলমান কাংলুপকী ওইবা মনিংতৌনা খঙবগী মনুংদা মকওইনা মখোয়না পান্না লিচিং অনি লৈরমই; অমনা মরুওইনা নহারোনগী মরক্তা মজাত্তিবু নুংশিজবা অদুগা অতোপ্পা অমনা ভাবতকী ওইবা হৌপ্রবা অমসুং হৌজিক্কী ওইবা থৌদাংদগী নাথেদুনা লৈবা লোয়ননা ইসলামগী লৈবাকশিং মকওইনা খালিফাটকী লৈবাক অমসুং টর্কীগীদমক্তা ফনবা খন্দবনি। টর্কীগী সুলতান অব্দুল হমিদনা পুক্লিং থৌগৎলবা, পান-ইসলাম ঈহৌবু, ভাবত্তা লৈবা মকোক থোংবা পাঙগুন কাংলুপ খরনা শৌগৎলমই; অদুগুম্না ইহৌ অমদি শৌগৎপা অদুমক স্যাব সৈয়দনা য়ানিংলমদে, অদুদগী হেন্দুনা টর্কী অমসুং টর্কীগী সুলতানগী বায়েন পথাপনচিংববু থাগৎপা ভারত মচাশিংগী মায়োক্তা ;মহাক্না য়ানিংদবা উত্তুনা ইরমই। টর্কীগী নহারোন-ইহৌনা সেরান্নবা চম্মনবা ফল পুরকখি। হৌগৎলকপা মক্তদা ভারত্তা লৈবা মুসলমানশিংনা চিংনবা হৌপ্রবনি; ইউরোপকী খুৎকন পাঙ্গলবা লৈবাকশিংনা টর্কীগী মতাংদা লৌত্তুনবা অদুবু ফৈগাক ফৈনা থিংলম্না সুলতানগীদমক বাবীদবা ওল্লমদে। অদুগা মীওই কয়া অমসু লৈরমই; মখোয়গী মনুংদা অব্দুল কলাম আজাৎসু অমনি নহা ওইরিবা টর্কীশিংবু মহাক্না থৌরাংনা ওক্লমই, মখোয়না পুথোকখিবা সংবিধান অমসুং সমাজ রিফোর্মবু মহাক্না পাম্না য়ারমই। ১৯১১ দা থোকখিবা ত্রিপোলি-লান অমদি মথং মথং ওইনা থোকখিবা ১৯১২-১৯১৩ বলকান লান্দা টর্কীবু খংহৌদনা ইটালিনা আক্রমন তৌখি; মতম অদুদা টর্কীদমক ভারত্তা লৈবা মুসলমানশিংগী থম্মোইদা মীনুংশি চাওবগী অঙকপা ইহৌ অমা পোকখি। ভারতবাসিশিংনা থম্মোই শোক্লা নুংঙাইতবা অমদি লাংতক্লবা পোকখি অদুগা মুসলমানশিংগী মফমদা হেন্না হকচিল্লমই; হীবম খবদদি মশামক্কী ওইনা লৌনবমই। মুসলিম শক্তিগী অরোয়বা শরুকপু মুথৎনিংবা লিচিংগা লোয়ননা কীহল্লমই; মখোয়গী ধর্ম্মগী, তুংদা মন্না ওইহৌগদবা শরুকপু (মুৎপ্রবা ধর্ম্ম, মতম কয়াগী তুংদা, অমুক হৌরকপা য়ানা, লৈরোন চন্না খ্বাইনা খংহৌদবা মওংদা থুপ্পা লৈহৌবা মরাবু) মাংহন্নখি। অচৌবা লাইয়েংবা কাংবু অমা ডাক্তর এমঃ এঃ

অন্সারিনা লুচিংদুনা টর্কীদা চংখি; লাইববা মীওই ফাওবনা শেন খায়নবমই; ভাবত্তা লৈবা মুসলমানশিংগী চাওখৎ থৌবাংগীদমক খায়গৎপা শেন্দগী হেন্না থুনা য়াম্না খায়নখি। টর্কীনা পৃথিৱী লাঞ্জাওগী নাকল অমদা য়াওবা মবমনা পৃথিৱীগী অহানবা লাঞ্জাও অদুমক্তা মুসলমানবু চাংয়েংখি। মখোয় উপায় লৈখিদে, কবিসু তৌবা ঙমখিদে। লাঞ্জাওনা লোয়ববদা, খালিফাটনা হায়গৎলকপদা মখোয়গী অশাওবা ৱাখল ফুদোবক্লবকখি।

উর্দুদা ফোংবা "গুল হিলাল," ইংরেজিদা ফোংবা "কমরেড" কৌবা অনৌবা চয়োন-চেফোং অনি থোবকপদা ভাবত্ত লৈবা মুসলমানশিংগী ৱাখল খজিক চাওখৎলকপনা ১৯১২, চহি অসি খংজিনবা য়াই। মশাগী চহি ২৪ তা মঙাইরিবা মবুদ্ধি লৈবা নহামচা আবুল কলম্মজাৎনা (হৌজিক কঙ্গেসকী প্রেসিডেন্ট ওইবিবা) "ডি ওল-হিলান" ফোংবা হৌখি, কাইবোগী ওল অজহাব বিশ্ববিদ্যালয়দা মহাক নহা ওইনা লাইবিক তমখি; মশাগী চহি ১০/২০ গী মনুংদা লৈরিবঙদ আরবি-পার্সিয়ান লোন্দা বৃটি ফংখি অমদি মনুং য়ৌশিন্না লাইবিক হৈখিবনা মহাক মমিং লৈবমই। মসিগী মথক্তা, ভাবত ৱাংমদা লৈবা ইসলামিক ৱাবন্দগী জ্ঞান লোয়ননা মদুগী মতুংইন্না মহাকনা পুখৎলকপা বিফোর্মগী ইহৌ অমদি ইউরোপকী ওইবা চাওখৎথৌবাংদগী মহাক্লা লৌথোবকপা জ্ঞান শিংথানবা য়াই। মশানা মবমচাবা অচুম্বা পাম্বা মীওইগী জ্ঞান লৈবনা অমদি ইসলামগী জ্ঞান অমসুং ইতিহাস যাম্না ফজনা মনুংথিৎনা খংবনা খুৎই লাইবিক কয়া, মবম চাবা মওংদা অর্থ হন্দোক্লমই। ইসলামগী চৎনবোন্দা মশানা লুপখিবনা অমদি ইজিপ, টর্কী, শিবিয়া, পেলেষ্টান, ইবাক অমসুং ইবান্দা লৈবা মুসলমান লুচিংবা অমসুং বিফোর্ম্মাব অফাওবা কয়াগা মশামক শম্নবকপনা লৈবাকশিং অসিগী বাজনীতি অমসুং কলচবগী চাওখৎলমদা তৌবা ঙম্বা শক্তিগা ইবোইননা মহাক্লা চংশিনলম্মী। মহাক্লা ইবা লাইবিক কয়াগী মপান্না ভাবত্তা লৈবা অতৈ মুসলমানশিংদগী হেন্না ইসলামগী লৈবাক পুম্নমক্তা মহাকপু শক খংনবমই। টর্কী যাওকবা লাঞ্জাওনা মহাক্কী পুক্লিং চিংশিন্নমই লোয়ননা মাগী গম্মোইগী মীনুংশি পোকহল্লমই অদুম্নদি চেইবগা অতৈ মুসলমান লুচিংবশিংগী ৱাখলগা মহাক্কীগা য়াম্না খেৎনবমই। পাকচাওনা পাকথোকপা মম্মচাবা জ্ঞানগী মিৎযেং মহাক্কী লৈবমই, অসিগুম্না ৱাখল চেনবনা জামিদাবিগী পথাপ নায়ম চৎপা মীওইশং, পুকচেন পীকপা, নাইতোম তাঞ্জনিংবা ধর্ম্ম চৎপা অহন ওইববা লুচিংবশিংদগী মহাক্লা থাপ্তোক্লা লৈবমই, অওইবমক ৱাখল অসিমক্লা মহাকপ মবৈবাক মজাত্তি নুংশিবা মী অমা ওইহনখি। টর্কী অমসুং ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা লৈবাক কয়াদা মবৈবাক নুংশিবগী লিচিং তেনগৎলকপা, মহাক মশামক্লা উখি, ৱাখল অসিমক মহাক্লা ভাবত্তা পুশিনলক্লম হোৎনখি, মহাক্লা খল্লিবা অদুমক মবৈবাক নি বা ভাবতকী ইহৌদা চপ মান্নবা য়াওবদু মানা উখি। ভাবত্তা লৈবা অতৈ মুসলমানশিংনা ইহৌগী খোংথাং অদু মযেক শেংনা উবা ঙমখিদে, হায়দগী লৈজবকপা মখোয়গী খোংচত্তা কায়দলা চৎলমই, ভাবত্তা হৌবকইবা অনৌবা খোংথাংগী খোংচৎ মখোয় ভাব কবিমতা তাব ঙমখিদে। ধর্ম্মগা লৈনবা মবীতমক মখোয়না খল্লমই, মখোয়না টর্কীগা য়ানদুনা শৌগৎপা তায়মলবসু মদু ধর্ম্মনা পুন্না পুনাশনবা ওইগনি। কবিগুম্বা শৌগৎলম্বা তাববা ফাওবদা টর্কী চংশিলকইবা খোংথাং অমদি মবৈবাক নুংশিবা ইহৌবু মখোয়না উবা ঙমলমদে।

আবুল কলাম আজাৎনা মাগী চয়োন চেফোং অনৌবা লোন্দা পুদানা ইবমই। ৱাখলদা, মই মবক্তা, অনৌবা লোন্দা পুদা ওইবদা নত্তনা চেফোংগী শক্তম অমসুং থৌশিন ইতোপ তোপলমই, পার্সিয়ান লোন্না যুম্ফম ওইবনা মতেক খবদা খজিক খেৎননা লৌবসু অজাৎতকী ষ্টাইল হকচিন্না মপুংফাবমই, নিপ থোক্লমই। অনৌবা ভাব ফোংদোকপদা অনৌবা ৱাতৈ বাতা চান্না শিজিন্নবমই; ঙসি ওইবিবা অসিগুম্না উর্দু লোনগী শক্তম পুথোকপদা মহাক্লা মপুংফানা পাঙ্গল শিজিন্নবমই। অহল ওইববা খুনুংগী লুচিংবা মুসলমান কয়ানা মহাক্লা তৌবিবা পুম্নসি যানিংলমদে, অজাতকী মত অমসুং খোচংবু য়ানিংদবা উৎনা লৈনবমই, য়েৎলমই। মুসলমানশিংগী মবক্তা খ্বাইদগী লাইবিক লাইশু হৈবা কাংবু অমতনা খুৎইলাইবিক অমসুং মহৌশাগী ওইবা চৎনলোনগী মতাংদা অজাতকা মাইয়োক যানা খম্ন লৈনবা অমদি মবৈ য়েৎনবদা ঙম্নমদে, মবমদি মতাং অসিদা আজতকী স্তাম্না অতৈগীদগী হেল্লমই। মধ্য যুগকী পণ্ডিত্ব ওইবা জ্ঞান, তবানিপান শুনা খৃষ্টাব্দগী অচুম্বা খোংজং অমদি হৌজিক মতমগী জ্ঞানগী মিৎযেং, পুম্নমক্কী অপুনবা অঙকপা জ্ঞান লৈবা অজাতনি।

অহল ওইববা মুসলমান কাংবুগী মনুংদা শবতনা আজাৎতনা ইবিবা খুৎই অদুবু য়াবমই; মখোযগী মনুংদা লাইবিক লাইশু হৈবদা মমিং চৎলবা মৌলানা সিব্রি নোমনীসু অমনি, মহাক মশামক টর্কী য়ৌকববনি, অদুগা আলিগড কলেজদা স্যাব

সৈয়দ অহম্মদ খাঁনগা তোৎননা লৈরুরবনি। রাজনিতি অমসুং সমাজগী লমদা আলিগড় কলেজগী চৎনা নিয়ম অসি তোঙানবা ওইনা তৌই লোয়ননা অহোংবা লৈতনা মহৌশাগী ওইবা মওংদা কায়দনা লৈবা ওইনা তৌই। মসিবু শিল্লাংইবশিং অয়াম্বা নিংথৌমচা অচৌবা জমিদারি অমদি জামিদারি-নিয়ম পাম্বা মীওই গুাক ওইনা তৌই। সাহেবশিংগী নিয়ম মখাদা চত্থরকপা অমদি সরকারগী ওইবা মীওইশিং, নকশিন্নবা মরী লৈবনা কলেজ অসি খ্বাইদগী তোপ তোপ তাবা, মজাত্তি নুংশিবগী ওন্নতৈনবা লোয়ননা কঙ্গ্রেসকী (মিৎয়েং) নিতি নিয়মগা খেৎনবা ওইনা তৌরমই। সরকারগী থবক্তা মীখা পোনবা থবক তৌনবদা ছাত্রশিংবু অপাম্বা পোকহনবনা কলেজসিগী মরুওইবা উদেশ্য ওইরমই। (পান্দম্ফম ওইরমই)। মদুগীদমক সরকাবগীদমক্তা খনবা তাবমই; মরৈবাক মজাত্তিগী ৱাখল তুংইনবা তাই লোয়ননা সরকারনা হায়বা ইনদবা থাদোকপা তাই। আলিগড় কলেজ কাংবুনা মতমদুগী মুসলমান লুচিংবশিংগী বুদ্ধি লৌশিং ওইরমই; করিগুম্বদা ফোংনা অয়াম্বা মতমদা উহন-খংহন্দনা মুসলমানশিংগী খোংজংবু থৌজিল্লমই। অসুম্না হোৎনবনা মমৈথংদা মুসলিম লিগ থোকহনখি।

অপান্ননা নত্রবসু আলিগড়গী চথবকইবা নিতি নিয়মসু অমদি মনুংদা চেল্লিবা ৱাখলবু পাক্লা শন্না শন্দোক্নুনা, মজাত্তি-মরৈবাক্পু নুংশিবা খংদবা, মহৌশাগী ওইবা চৎনলোনবু থাদোক্তবা, অকনবা লানবন অদু অবুল কলাস আজাৎনা থুগায়খি। লৌশিং লৈবা জ্ঞান তাবা মুসলমান কাংবুদা, য়াম্না নহা ওইরিবা লাইবিক ইবা, পাওচে ফোংইবা, নিপা অসিনা জ্ঞানগী মঙাল পীরমই; অহল কাংবুনা মাবু উবদা পীশুম শুকতোক্লবসু নহাবোন কাংলুপকী ৱাখলবু মহাক্কী মরাহৈনা নৌনা মথৌ শংলমই। টর্কী, ইজিপ অমদি ইবান্দা থোকখিবা থৌদোক কয়ানা অমদি মরৈবাক মজাত্তি নুংশিবা ভাবতমচাশিংগী খোংজংনা নোংমা নোংমগী কনথৎলকপনা অসুম্না ময়াইকাহনবা মথৌশংবা মসিগী মরু হুনহনখি। ইসলাম ধর্ম্ম, ধর্ম্ম অসিবু নুংশিনা পাম্না চৎলিবা লৈবাকশিং অমদি ইণ্ডিয়াগী নেশনেলীজমগা কবিমতা খেৎনবা লৈতে হায়না থিন্দুনা মদুগী চপ চাবা জ্ঞান আজাৎনা শন্দোক্রমই। মুসলিম লীগপু মসিনা কঙ্গেসকা নকশিন্ননা, পুশিল্লকখি। খৃষ্টাব্দ ১৯০৬ তা লীগকী ইহান হান্না ফমখিবা সেসন্দা, অঙাং ওইনা, আজাৎনা লীগ অসি য়াউবা হৌখি।

বৃটিশ সরকারগী মীহুৎশিংনা "অল-হিলাল" কৌবা চেফোংবু য়ারমদে। প্রেস এক্টকী মখাদা চেফোং অসিগীদমক সেক্যুরিটি থম্মু হায়খি; মমৈথংদা খৃষ্টাব্দ ১৯১৪ দা সেক্যুরিটি অদু মৎখি। চহি অনিগী তেল্লবা মপুন্সি অদু লেল্লমগা "অল-হিলাল" কৌবা চেফোং অদু থুপচিনখি। মদুদগী 'অল-বলাস' কৌবা অতোপ্পা চয়োন-চেফোং অমা আজাৎনা ফোংখি; মদুসু বৃটিশ সরকারনা আজাৎপু ফাজিন্দুনা থমখিবনা খৃষ্টাব্দ ১৯১৬ তা ফোংবা লেপখি। চহি মরি চুপ্পা মহাকপু ফাজিন্দুনা থমখি; মমৈথংদা মহাকনা খোরক্লবদা মহাকনা মাগী ফীরেপ চপ চানা লৌখি লোয়ননা খুদক্তা নেশনেল কঙ্গ্রেসকী লুচিংবশিংগী মনুংদা লুচিংবা অমা ওইখি। মদুদগী হৌদুনা লেপ্পা লৈতনা মহাক কঙ্গ্রেস একজিকুঅটিভতা য়াওখি, মশাগী চহি নৌজববসু জাত্তিগী অমদি রাজনিতিগী থৌরম খন্নবদা মচিন চৎলবা কঙ্গ্রেসতা য়াওবা অহনশিংগী মরক্তা মহাকসু অমা ওইখি। জাত্তিগী কাংলুপকী মীশিং য়ামজদবা কাংবুগী মবমদা খন্ন-নৈনবদা মহাক মীশক নাইবা মীওই অমা ওইখি। মহাক কঙ্গ্রেসকী প্রসিডেন্ট অনিরক ওইখি, লোয়ননা জেলদা ইতত্তনা মতম শাংনা লৈখি।'

"অল হিলালগী " মমাং থা খরা ওইনা, খৃষ্টাব্দ ১৯১২ দা ফোংবা হৌখিবা অতোপপা চয়োল চেফোংদি "ডি কমরেডনি"। মদু ইংলিসতা ফোংবা চেফোংনি; ইংরেজি হৈরবা মুসলমান নহারোলবু চেফোং অদুনা লাকশিল্লমই। মৌলানা মহম্মদ আলিনা চেফোং অদুগী ইডিটর ওইরমই; মহাক ইসলাম-চৎনবী লোয়ননা ওক্সফোর্ড ইউনিভরসিটি চৎনরোন অনিগী অপুনবা শক্তমগী মীওইনি। আলিগড় কলেজগী চৎনবীনা মাগী ই-দা চুশিল্লবা নিপা অমনি অদুম্নদি ওইরগা খুমাং চাওশিল্লকইবা রাজনিতিগী খোংচৎপু মহাকনা মায়োক্লরমই। হায়রিবা শক্তম অসি শুককায় কায়দনা কা হেন্না তৌবা ওন্না শক্তি উত্তুনা মশাগী ফীবেপ উৎপা নিপানি; মানা ইথোরকপা লোন্দা-পুদা হাক্লা কল্লি, ময়েক চুমই; অপাবা মীগী থম্মোইদা পাল্লি। ১৯১১ দা বেঙ্গল খায়দোকপা (পার্টিসন ওফ বেঙ্গল) য়াদবনা মঙোন্দা তাশোন্না থীনবগুম ৱাহল্লমই লোয়ননা বৃটিশ সরকারগী অশেংবা থাজজবা মীওই অমা ওইরম্বদগী তুংহন্নরমই। বল্কানগী লাঞ্চাওনা মহাককী পুক্লিং চিংশিনখি; লাঞ্চাও অদুমক্লা শক্তম ওইরবা ইসলামগী ধর্ম্ম অসুং চৎনবী লোয়ননা টর্কীবু শৌগত্তুনা মহাকনা ইরমই। লেপ্তুনা

খজিক খজিক চংশিল্লকপা খোংচংনা মঁমৈদা মহাক বৃটিশকী অচৌবা য়েক্লবা মী অমা ওইখি; অসুম্না চংশিল্লকপা মাগী খোংচং টর্কীনা পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও হেক য়াওশিল্লকপা, লেপখি। "ডি চোইস ওফ টর্কী" (টর্কীনা পামজবা) হায়বা কা হেন্না শাংলবা, ফাওরবা মহাক্কী আর্তিকল অমা (মহাক্কী ব্রাঙাং অমদি মহাক্না ইথোরকপা শরুক শন্না অর্থ লৈনা মথৌনা উৎপা আর্টিকলনি); ফোংলুবনা ;মাগী চেফোং, "ডি কমবেড" বৃটিশ সরকারনা থিংজিনখি লোয়ননা লেপখি। পংকুই কুইদনা মহাকপু মাগী মনাওনিপা শৌকৎ আলিগা লোয়ননা বৃটিশ সবকারনা ফারগা লাঞ্জাও লোয়বা মতুং চহি অমা ফাওবা ফাজিন্দুনা থমখি। ১৯১৯ লোয়রকপদা মখোয়বু থাদোকখি; হেক থাদোকপগা মখোয় অনিমক নেশনেল কঙ্গ্রেস য়াওখি। কুনশুবা খৃষ্টাব্দগী অহানবা শরুক্তা কঙ্গ্রেসকী বাজনিতি অমদি খালিফ'ৎ অন্দোলন্দ আলি মচিন মনাওনা য়াম্না মকওইবা শরুক য়াখি; মদুগীদমক জেলদা মবানি অৱাফম তাখি। মহম্মদ আলিনা কঙ্গ্রেসকী চহিগী মীফমদা সভাপতি ওইখি; চহি কয়ামরুম চুপ্না অৱাংবা থাক্কী ওইবা একজিক্যুটিভ কমিটিগী মেম্বব ওইখি। ১৯৩০ দা মহাক নোঙ্গাখি। মহম্মদ আলিগী অহোংবা ফীবম, ভারত্তা লৈবা মুসলমানশিংগী ব্রাখলদা অহোংবা অমা পুরকপগী অবাবা খুদমনি। মঁবৈবাক নিংবদগী মুসলমানশিংবু তোঙান তাহন্নবা, শেঞ্জাও পায়বা ;জামিদার্বি নিযম চৎপা মঁবৈবাক নিংবা ব্রাখলগী মায়োক মপুং ফাবা যাহন্নবা লিংখৎখিবা, মুসলিম লীগবু নমদুনা, নৌনা হৌগৎলকইবা মুসলিম নগারোনগী ইহৌবু মযেক শেংনা উহনখি। মঁবৈবাক নিংবগী কল্লবা ইহৌনা মুসলিমশিংবু মশানা য়ানিং য়ানিংদনা কয়া চেন্দুনা পুবকখি অমদি কঙ্গ্রেসতা যাওহনখি। ১৯১৩ দদি ভারতপু ভাবত মচাশিংনা মশানা শাসন তৌজনবা অকনবা দাবী তৌখি; বৃটিশ সবকারবু থাজবগ্না বৃটিশ সবকারনা হায়বিবমঁপে ইল্লম্বা ব্রাখলদু হোংখি। অল হিলালদা কয়া কয়া ইদুনা মৌলানা আবুল কলাম আজাদনা অহোংবা ইহৌবু শৌগৎখি।

# তরেৎশুবা পন্দুপ

## তরামাথোইশুবা তাংকক

## কমাল পাশা ॥

## এশিয়াদা নেসন্নেলিজম ॥

## ইগবাল ॥

মহৌশানা, কমাল পাশা ভাবত্তা লৈবা মুসলমান অমসুং হিন্দুগা চান্ন-চিন্নবমই। মপাল লৈবাক্কী মখাপোনগদবা অর্মদি অমগী ওৎনৈগদবগী টর্কীবু মহাক্কা কনবদা নত্তনা ইউরোপ্তা লৈবা নিংথৌপানবা লৈবাক্কী, মকওইনা ইংলণ্ডগী কূত্তনিতিগী ব্রাখল থৌবাং মহাক্কা মক ফুক্তোকখি। ধর্ম্ম মযেং তাথবকপা, সুলতান অমসুং খালিফট মুৎথৎপা, মনিংতম্বা ষ্টেট শেমগৎলকপা, থিংলম্লবা ধর্ম্মগী নিয়ম কয়া চৎনহনলকপা অসিপুম্বা এতার্টর্ককী পোলিসিমক্কা শেংনা উৎলকপনা, অসিগুম্বা মীয়াম্না পাম্নবর্বাশিং অসি, ধর্ম্মদা হর্কচিন্না লুপশ্রবা মুসলমান কয়াগী মফমদদি য়ানিংদবা পোক্রমই; লোযননা মতমগী ওইবনা পোলিসিবু, ফোংদোক্তনা যানিংদবা ইহৌ অমা মখোযগী মবক্তা থোবকখি। অদুম ওইনমক পোলিসি অসিমক্কা, হিন্দু মুসলমান অনিমক্কী নহাবোনগী মবক্তা মহাকপু য়াহনবা পামহনবা পোকহনখি। সিপাই মূটিনি মতুংদা ভাবততা লৈবা মুসলমানশিংনা তপ্প তপ্না শাগৎচবম্বা ভাবগী দলান অদু ব্রতার্টর্ক্কা মচেৎ কয়া থুগায়খি। ব্রাখলদা পল্লেপফম খংনবক্তবা ফীবম অমুক থোক্লবকখি। নেশনেলিষ্টতী কোকহনখি; খবামখৈদি হান্নবা তশেংনা যাওপ্রবনি; অদুগা খবদি থাজদবা অমসুং চিংনবনা মবম ওইদুনা নাইতোম তানা লৈহৌই। অশেংবা মত মায়দ্রিবসি মকওইনা জমিদাবিগী ওইজবা ব্রাখলগা মতমগী ওইবা ব্রাখলগী লিচিংগা অনিগী মবক্তা থৌবী চিংনবনানি। খালিফাট ইহৌনা মতম খবদি, জমিদাবি লুচিংববু হোযদুনা পুখ্রবনি; তোইগুম্বসুং ইহৌ অদুমক, সমাজ অমসুং অর্থনীতিগী মতাংদা মবাচেৎপমক্তি নৎলমদে; নত্রগা মীয়াম্না পাম্বমক থোকলমদে। ইহৌ অদুমক্কী হৌবকফম্না অতৈ মফমদা থাপ্পা লৈখিবনা ব্রতার্টর্কনা হৌবকফম অদু মফম খংহন্দনা মকফুক্তোকখিবা মতমদা ঈহৌ অদুনা শাগৎলম্বা মকওইবা শকক মাংখি লোয়ননা মুসলমান মীয়াম ঙাওচৎনাবমই, বাজনিতি ওইবা শকক পুম্বা থাদোকখি। মমাংঙৈগী ওইবা জমিদাবি লুচিংবশিং ঙমনা মকলুকখি অদুম্নদি ওইবগা মখোযবু মতমপুম্বদা বৃটিশ পোলিসিনা ঙাকশেননা, পোলিসি অসিনা মতেংপাংবনা, অমবোমদা মীকোক থোংবা ওইনা লৈবমই। মতমগী মতুংইন্না ফীবম ওনখিবনা, অয়েৎপা লৈতনা লুচিংবা ওইবম্বা মহৌশাগী ওইবা ফীবম অদু তানা মখোযনা অমুক হঞ্জিনবা ঙম্লমদে। মুসলমানশিংনা মমৈথংদা ময়াইওইবা যুম্বানগী কাংলুপ অমা থোবকহনখি; নেশনেল কঙ্গ্রেসকী লুচিংমখাদা মীয়ামগী ওইবা বাজনিতি ইহৌগী ব্রাখল অদুমক্কা মকওইবা খেৎনবা থোকহনখি।

থোবকইবা থৌদোক্তা মুসলমান মীয়াম অমদি নৌনা থোবকইবা ময়াই ওইবা যুম্বানগী মীওইশিংগী ব্রাখলগী ফীবেপ অমা শেমখ্রবসু ময়াই ওইবা যুম্বানগী মীওইশিংবু মকওইনা হৌগৎলকইবা নহাবোনবু মথৌ শংবদা স্তাব মহাম্মদ ইগবালনা মকওইনা থৌদাং লৌখি। মীয়ামদা মহাক্কা কবিসু তৌবা ঙমখিদে। জাত্তিগী ওইবা শক্তি কনখৎহনবা শৈবেং কয়া, ইগবালনদা উর্দ্দুদা ইখি; কবিতা অদু মমিং চৎলমই। বঙ্গার লাঞ্জা ও মতমদা মহাক্কা ইসলাম প্রজা বোমদা ওনশিনখি। মতমদুদা ওইবকপা ফীবম্না অমদি মুসলমান মীয়াম্না পাম্না খম্নবকপা ব্রাখলনা মহাকপু খুদুম চনশিনখি অদুগা মহাক মশামক্কসু অয়াবা থাক্তগীদি মহাক য়াম্না থাপ্না মথৌ শংখি। মীয়ামগী লুচিংবা ওইবা অয়াবা থাক্তগীদি মহাক য়াম্না থাপ্না হস্থনা লৈবমই, মহাক লাইবমই

অদুমদি ওইবগা মরৌশিং মবুদ্ধি লৈবমই, থায়নগী ওইবা জমিদারিগী নিতি-নিয়ম্না মতু শংলবা ফিলোসোফব অমনি; মহাক কশ্মিব ব্রাহ্মণ কাংবুদগী হৌবকপনি। পার্সিয়া অমসুং উর্দুদা নিংথিজবা শৈবেং ইদুনা মনিংতৌনা রাখল খনবা, রাখল লৈবা মুসলমানশিংদা মহাকনা দর্শণ শাস্ত্রগী য়ুম্ফম উৎলমই; লোযননা নাইতোম তাবা রাখলগী ইথিল্লা মখোয়বু পুবমই। মহাক্কী ফজবরা রাবেং শৈবেংগী মতেংনা চিংনবা লৈতনা মহাকপু মমিং চৎহনখি; অমবোমদা রাখলগী পল্লেপফম খংদনা কোয়ডাওনবরা মুসলমানশিংনা, অবেল্লা পোফম ফীবেপ গীনবকপদা ময়াম্না পামলিবা অদুমক থুংহনবনা,মহাক্না মমিং চৎখিবনি। হায়্না লৈবম্বা পান-ইসলামগী ফীদম্নফম্না,অর্থ থোক্তনা, মাংখিবমই, খালিফাটসু মুৎখিবমই; ইসলামগী ওইবা লৈবাক খুদিংমক মকওইবা টর্কীসু, ইসলাম প্রজাগী কবিমতা যেংবীদনা মপুংওইনা নেশনেলিষ্ট ওইখিবমই। অতৈ মফমদা তৌবগুম্না এশিয়াদা নেশনেল্লিজমগী মপাঙ্গল য়াম্না কনখৎলমই; অদুগা ভাবত্তসু নেশলেষ্টিশিংগী থৌদাং মপাঙ্গল হেনগৎলমই লোয়ননা বৃটিশ কলবু ওহাক লৈতনা মুক্কমই। অসিগুম্বা নেশনেলিজমগী ইহৌনা ভাবত্তা লৈবা মুশলমানশিংগী রাখলবু লিচিং অমতা ওইনা চিংশিল্লমই; নিংতম লাঞ্জংদা মুসলমান যাম্না মাংজিন থানা চংশিল্লমই। অদুবু ভাবতকী নেশনেলিজমদি হিন্দুগী মখুত্তা লৈবমই লোযননা হিন্দুগী ওইবা মিৎযেংগী মমি তাবমই। মবম অসিনা মুসলমানশিংগী পুক্লিংদা চিংনবা পোকখি। মানা মানা পাম্বা মতুংইন্না নিংতম লাঞ্জং চংশিন্নবা যাবা নেশনেলিজম অদু ময়াম্না পাম্লবমই। কনাঅমনা মদু যাবমই; কনা'কনা মফম মথাং খংদনা তোঙানতানা লৈবমই; অদুবু অযাম্বনা মানা মানা ;পাম্না তোঙান তোঙানবা ;মাইকৈদগী চংশিন্নবক্লমই, হায়বিবা খোংজং অসিগী মতাংদা ইগবালনা ইবা রাবেং শৈবেং অমদি ফিলোসোফিগী ওইনা রাবেংনা ময়াম্বু মিৎমাই পাংহল্লমই।

ঐহাক্না নিংই, হৌজিক ভাবতনা তোখাই তানবর্গীদমক, ময়ামগী ওইবা খোল্লাও অমা থোবকইবা আসগী, মসিনা হৌবকফম য়ুম্ফমনি। মবম কযা লৈ মাইকৈ খুদিংগী তাইওনবা কযাসু লৈ লোযনন, মাইকৈ খুদিংদা অবানবা লানাখবা কযা শাওবনদবসু নত্তে, অদুগা মকওইনাদ বৃটিশ সবকাব পোলিসিনা অমগা অমগা তিন্নবা য়াদনবা অকনবা থবক লৌখৎলমই। মাস পৃম্নমক্কী ওাকলৌ ওইনা, ইতিহাসকী ওইবা নবম কযাগী রাফমদা নত্তনা মশান ওইদবা যাদ্রবা সাইকোলোজিগী (মীওইবগী রাখলদগী মতোমতা খণ্ডবকপা) য়ুম্ফম কযা'মসু লৈবমই; মসিগী মথক্তা ভাবত্তা লৈবা মযাইওইবা য়ুম্নানগী ওইবা মুসলমানশিংগী চাওখৎথৌবাংদা থেংথবসু অতোপ্পা মবম অমনি। মীবৈবাক মচানা খুৎচনবগী মায়াক্না চংশিল্লকপা নেশনেলশিংগী লঞ্জংদা নত্তনা জমিদারি নিতি নিয়ম পাম্বা কাংবুগা মতমগী রাখল অমদি থৌদাং মতুংইন্না চংশিল্লকপা কাংবুগা মনিগী, মকওইনা লৈবাক মনুংগী ওইবা, যেংথিনবা ইহৌ অমা থোবকখি। য়েংথিনবা খৎনচৈনবগী মকদি জাত্তিগী চাওখৎ থৌবাংগী মতাংদদা লোযননা হিন্দু, মুসলমান, অমদি অটৌবা কাংলুপ কযাগী মবক্তনি। নেশনেল কঙ্গ্রেসনা মকওইনা মহুৎশিন্দুনা (ভাবত পুম্বগী মহুৎশিন্দুনা) চংশিল্লকইবা নিংতম লাঞ্জং অসি অনৌবা মতমগী ওইবা রাখল অমসুং পাম্লবকপগী ঐতিহাসিক ওইবা খোংজংনি, খোংজং অসি মহৌশানা লৈজবম্বা লৈবাক্কী ফীভম হঞ্জিনহনবনি হায়বসু যাই। তোঙান তোঙান নীতি নিয়ম, শাজৎ লিচৎকী মতুংইন্না অমগা অমগা মান্দ্রবা ভাবত্তা লৈবা কাংলুপ পুম্নমকপু রাখল অসিনা (মহৌশা লৈজবম্বা নিংতমগী রাখলনা) অমতা ওইনা চিংশিল্লি। হিন্দুগী মাইকৈদা খাইগা মান্নদবা ইতোপ তোপ্পা কল্লবা সমাজগী চৎনবী অমা মপুংফানা কন্না লৈবমই; মসিনা অতৈ কা লু শি দা থোযনা ,অকীবা রাখল অমা পোকহল্লমই। অদুবু সমাজগী চৎনবী অসিমক মশানা ভাব তানা খংজবমই, মসিগী অকনবা হৈথং অদু য়াম্না থুনা লাইথোবকখি, থৌদাং খুদিংদা,নেশনেল (শান্তি ওইবা) খোংজংনা বাজনিতি অমদি সমাজগী মাইকৈদা অকনবা খোংথাং থাংজিল্লকপদা ওৎখায়বা পলহনবা ওম্বা মদুগী মপাঙ্গল লৈবমদে; মায়োক্তা থেংনবকপা অপনবা পুম্নমকপু নমথোক্তুনা চংশিনবা ওম্বা মপাঙ্গল থোযনা হেল্লা কনখৎহল্লমই। অদুগা মুসলমানগী মাইকৈদা জামিদারি ওইবগী ইথিন ইবৈ কন্না অদুম লৈবমই, মসিগী রাখলনা মহৌশানা মীয়ামগী মকোক ওইনিংবগী রাখলবু কন্না শৌগৎলমই। অদুবু অনৌবা মীবোন্দা খেংনবা অমা লাকখি অদুগা হিন্দু অমসুং মযাই ওইবা য়ুম্নানগী মুসলমানশিংশু চাওখৎ খোংথাংদসু খেংনবাা অহোংবা অমা লাকখি, অসুম্না লাকপা অহোংবনা তৎপা লৈতনা মশামক হোংলকলি হায়বদু বাজনিতি অর্থনীতি অমদি অতৈ লমদা মযেক শেংনা উৎলমই। অহোংবা অসিনা মুসলমানশিংদা অকিবগী রাখল অমা পোকহনখি।

ভাবতপু মচেৎতানা থুগায়না পুথোবকইবা অসি পাকিস্টান অসিনা শোথনা লৈহৌবগী মবম ওইবা নত্তে; মসিনা খ্বাই পুম্বদা নিংবা কায়হনবা ব্রাখলদি পোকহনবা য়াই, মসিনা জামিদাবিগী ওইবা ব্রাখলবু মতম শাংনা পাঙ্গল কন্না অদুক লৈহনবতনি; অহোইনদুম মসিনা মুসলমান পুম্বগী চাওখৎ খোংথাং মকওইনা শেঙ্খুমগী চাওখৎ খোংথাং থিন্দহনবতনি। পাকিস্টানগী ব্রাফম শৌগৎলম্বা তাহনবা মীওইবশিংগী মবক্তা ইগবলসু অমনি; অদুবু মমৈথংদা, মদুদগী লাক্কদবা খুদোংথীবা অমদি তোংজদবদু মহাক ভাব তাখিবগুম তৌই। এডব্রার্ড থোমসন্না ইবমই; ব্রাবী শানবা মতমদা ইগবলনা মঙোন্দা হাযবমই মদুদি মুসলিম লীগকী প্রসিডেন্ট ওইকবনা, মদুবু ঙাকত্না য়াদদুনা মহাক্রা পাকিস্টানগীদমক কন্না হোৎনকবনি; অদুবু মাদুনা ভাবওা মপুংওইবা অমদি পাকিস্টান্দা মকওইনা শোক্লক্কদবদু মহাক্রা য়াম্না নিংথিনা খংলমই। মহাক্কী মপুক ওনখিবম্বা য়াই নত্রগা অহানবদা, মতাং অসিমক মহাক্রা মপুক্লিং চংনা খম্বুবমদবা য়াই, মবমদি মতম অদুদা ,মসি য়ৌনা খম্বুবনা মঙোন্দা কান্নবমদবা য়াই। ভাবতনা মচেৎ তাখিবা নত্রগা পাকিস্টান হাযবা অমা শেমগৎহৌবনা মমৈথং চাওখৎথৌবাংগী লমদা ওইবক্কদবা অপনবদু মহাক্কী মপুন্সি চুপ্পদা ওইবম্বা ব্রাখলগী মিংযেংনা কবিমতা উবা ঙমলমদে।

মহাক্কী পুন্সিগী অবোইবা চহি খবদা ইগবলনা সমাজগী মাইকৈবোমদা ওনশিল্লকই। সোভিযেৎ-রুসিযানা যাম্না চাওখৎলকপা অদুনা মহাক্কী পুক্লিং চিংশিনখি। মহাক্রা ইবা ব্রাবেং শৈবেংগী অতোংবা লাকখি। মহাক্রা লৈববোইদবা থা খবা ব্রাৎলিঙৈদা অনা-লাইকনা ফমুংদা যাতাগ্রবদা ঐহাকপু মহাক্রা মী থাদুনা কৌবকখি মহাক্রা কৌবকপা অদুবু হবাওনা ঐহাক্রা ইল্লমই। হীবম কয়াগী মতাংদা ঐহাক্রা মহাক্কা ব্রাবী শামীন্নবদা খেৎনবা কোংগাই লৈববসু ঐখোযগী অমতা ওইনা মান্নববা কযা'মা লৈবমই হায়বা ঐহাক্রা খংলকখি; মহাক্কা খুৎ শম্নদুনা চৎমিন্নবমলবদি কয়াদা খুদোং চাবমগদবগে হাযবা ঐহাক্রা খল্লমই। হৌখ্রবা কযাবু মহাক নিংথিনা নিংশিংবা ঙমলমই, বিষয় অমদগী অমদা মথং মথং লেপ্তুনা ঙাংলমই, ঐহাক্রা ইশাগী ওইনা ব্রা মচেৎ ঙাংদনা মহাক্রা হাযবতমক পুক্লিং চংনা তাবমই। মহাক অমসুং মানা ইবা ব্রাবেং শৈবেং ঐহাক্রা থাগৎলমই ঐহাকপু মানা নুংশিনা তৌবিবা, ঐগী মবমদা থাগত্তুনা মশাগী মত কয়া পীবীবদুদা ঐহাক য়াম্না পেল্লমই। মহাকপু বিদায় তৌদুনা চৎলমদাইদা ঐঙোন্দা মহাক্রা হায়বমই, "নহাক্কা জিনাগা নবানিগী মবক্তা অমতা ওইনা মান্নবা কবি লৌবিবগে ? মহাকনা পোলিটিশিযানশিং, নহাক্রা নবৈবাক নুংশজবা মী অমনি।" মিষ্টব জিনাব ঐহাক্রা ঐখোয অনিগী যাম্না মান্নবা কযা অমা লৈ হাযনা ঐহাক্রা নিংই। ঐহাক্রা ইবৈবাক নুংশিবা মী অমা ওই হায়বসিগী মতাংদা, মতম অদুদা হার্যাবনা গুণ অদমকত চেনত্রা হাযবা ঐহাক ইশানা খংজদে, ব্রাহৈ অদুগী অর্থ খজিক ফাওবা ঐহাক্রা খংলমদে। ভাবতকা ঐহাক্কা কন্না নর্কাশিন্নখিবনা ঐখোয় ইশামক্কী ইথৌ থৌদাং মশক মুন্না খংনবা অমদি পাংথোকনবা ইজাত্তিবু নুংশিবদগী হেনবা কবিগুম্না খবা ঐখোযগীদমক দন্নকাব ওই হাযনা ঐহাক্রা পল্লকইবসি কুইবর্বানি পৃথ্বিবী অপুম্বদগীসু মসিনা হেন্না হকচিন্না ঐহাক্রা লৌই। বাজনিতিনা ঐহাকপু খুৎচনশিনখিদুনা বাজনিতিগী খুত্তা তাববসু ঐহাক অসি বাজনিতি ব্রালা মক নত্তে হাযনা ইগবালনা লৌবিবা অসি অচুম্বনি।

# তরেৎশুবা পন্দুপ

## তরানিথোইশুবা তাংকক

# অচৌবা কল-কারখানা লিংখৎনরকপা তিলোক অমসুং গোখাল ইলেক্টোরেৎশিং খাইদোকপা

হিন্দু মুসলমান্না যানদবা থৌদোক্কী হৌফম পুথোকনিংবনা, অমাদ পাকিস্তান অমদি পাকিস্থান তোঙান লৈনবা নৌনা তকশিল্লকইবা অসি কবিদগী থোক্লমইবনো খংনিংবনা, তৌগ্রবা. চহি ৫০ মমা গী থৌদোকপু ঐহাক্না হঙ্গৎনা পামনি। মত অসিদা অহোংবা কয়া থোকখি। প্রজানা পেন্দবা অদুক শাসনগা থৌশিন্দা অহোংবা লাকপাদ নত্তে। কানমতা পেন্দনা চাওখৎথৌবাংগী থবক কয়া পাযখৎখি. থৌবর্মাশিং অদু এহাক হৈ তনা তত্তনা পন্দুনতা লৈবমই, লৈবাক্কী শাসন পায়ানবা কা বুগী মফমদদি থৌবর্মাশিং অদু অহোংবা খেৎনবা কানমতা. লৈবমন্দ, বৃটিশ কলগী শক্তম, অহোংবা লৈতনা, পুম্নমক্কী শাক্ত পাঙ্গাশনবা, ওইনা অদুমক লৈবমই, থবক ফংদনা, লাইনবা কোকহন্নবগী থৌবাং অমতা মখোযনা লৌখৎলমদে। ১৯১১ দা জমসেদজী টাটানা ভারতা কাবখানা লিংখৎখি, কাবখানা অদু যোৎ অমসুং ইস্পাৎনা শাবা পোৎথোক্কী কাবখানানি, কাবখানা অদ লৈবনা মফমদু জমসেডপুব হাযনা খংনাখি। মসিবু সবকাবনা থৌশাদবা মিৎয়েংনা যেংবদা নত্তনা অতৈ কল কাবখানা কয়া লিংখৎনবা লাক্লবকপবু যৈথবমই, কবিগুম্না মওংদা পুক্রিং থৌগৎপীবমদে। ইস্পাৎকী কল কাবখানা লিংখৎখবা অদু মকওইনা আমেবিকাদগী লাকপা খুৎশা হৈশিংবা কাংবুগী মপাম্নানি। অহানবা হৌগৎলকপদা অনাবা কয়া মাযোক্লখি, অদুবু ১৯১৪ ১৮ দা থোকখিবা লাঙ্গাওনা কল কাবখানা অদুগী মতেং ওইখি। অমুকহন্না শিথবকাখ, লোযননা বৃটিশনা পীবা সার্টিফিকেট পাযবা মীওইশিংগী মখুত্রা তাখিবনা হেন্না খুদোংথীনিংঙাই ওইখি অদুবু মমৈথংদা মবৈবাক নিংবা কাংবুনা তকাশনবদগী খুদোংথাবদগী কনবা ঙমখি।

কাবখানাগী থবকশুবা মী মশীং ভাবওা হেনগৎখিবমই, অদুবু নিংথিনা যেংবীদে অমদি মতেং পীবমদে; মদুদগী থোবকপা, শাথিনা ফীবম হন্দুনা লৈববা লৌমীশিংনা থবক শুমন হেনগৎপা অমদি চাওখৎথৌবাং কয়াবু য়ৈথবমই। হায়না মহৈ তমলুদবা থবক শুবা কাংবুগী মবমদা য়েংলগানি, থবক পীবা যাবা মীওই কোটি কয়াবু থবক পীবমদে; ফীবম অদুদা চথবা স্ট্রাইক অমতা মাইপাক্লমদে। ১৯২০ অদুবাইদা ইহান হানবা ট্রেড ইউনিযন কঙ্গ্রেস লিংখৎখি। ভাবত্তা চংশিল্লকইবা বাজনিতি খেংজংগী য়েংনকবদা অনৌবা থবক শুফম খব অদুনা মতিকচাবদি নত্তে। সমুদ্রগুম পাকচাওনা লৈথ্রবা লৌমী অমদি লৈবাক অসিদা লৈত্রিবা থবকশুবা মীয়ামগী যেংলুববদি থবক ফংলিবসি খুজোকমুক্তনি। ১৯২০ ৩০ মবক'সিদা কাবখানাগী থবকশুবা কাংবুগী পেন্দবা খোল্লাও তাবা হৌবকখি অদুবু খোল্লাও অদু যাম্না শোল্লমই। কাবখানাদা থবক শুবনা কয়া যাম্না কান্নবা পুবকপগে হায়বা প্রজাশিংদা নমদুনা খংহনখিবা কশিযাগী বিভোলুসন অদুমক্তি নত্তবনা ভাবত্তা লাওজবা শাবা অদুবু থৌশাবীবমদবনি। অদুবু নিংথিনা শিল্লাংদুনা চাওনা হৌবকপা স্ট্রাইকনা মমৈথংদা ব্রাখল খবদি খলহনখি।

মফম শিনবা থুংনা লৌমীঙাক লৈববসু, ভাবত্তা মখোযগী থৌদাং মকোকথোংনা তঙাইফদ্রবা ওইববসু লৌমীশিংনা মচিন মবৈ ফাজিন্দুনা লৈবনা বাজনিতিগী থৌবুবেন অমদি সবকাবনা চপমান্নানা মখোযবু কাওথোকই (নিংশিংলমদে) মযাই

ওইনা অমদি মকোক ওইনা লৈবা কাংলুপকী মরুওইনা থবক তৌবা কাংবু অমদি লৈবাক শাসনগী অহাংবা কুপ্না য়েংশিনবা কাংবুগী চপমান্নবা পেন্দবা, মান্নবা দাবীনা রাজনিতি ইহৌগী অহানবা খোংজংবু লমজিংলমই। ১৮৮৫ দা লিংখৎখিবা নেশনেল কঙ্গ্রেসনা চহি য়ামশিল্লকপনা অনৌবা মখলগী লুচিংবা কয়া অমা থোক্লকখি; থোয়দোক হেন্দোক্লা ইচংথৌরকখি, কন্না মায়োক য়াখি, লোয়ননা লায়রবা ইনাকখুনবা কাংলুপকী, ছাত্র অমদি নহারোলশিংগী মীহুৎ মশীং নাইদনা য়াওশিল্লকখি। বেঙ্গল খায়দোকপগী মায়োক্তা হৌরকপা অকনবা অন্দোলোননা মতিক চাবা ইচং থৌবা লুচিংবা কয়া থোকহল্লকখি; মহারাস্ত্রগী বাল গঙ্গাধর তিলক, অনৌবা চহিগী অশেংবা খুদমনি। গোপাল কৃষ্ণ গোখাল কৌবা য়াম্না মতিকচারবা নহা ওইরিবা মারাঠা অমনা অরিবা লুচিংবগী থবক পুরমই। লালহৌ খোল্লাওনা মাইকৈ পুম্বা নিনখি; থম্মোই ইরাং হৌনরকখি; মাইয়োক্লনা লাম্ভেংনবা শোয়দ্রে খন্নরকখি। মসি থোক্রনবগীদমক, পোথাদুনা লৈরবা, কঙ্গ্রেসকী অহল ওইরবা, লৈবাক অসিগী মপী-মপা ওইনা ইকাইখুম্নরবা, খ্বাইনা মান-মার্য্যাদা উৎলবা, দাদাভাই নৌরোজী লৈবাক মমাংদা থোরকখি। তুমিনা পোথাদুনা লৈথোকপগী মতম লোয়শিল্লমই; ১৯০৭ তা খুৎ থোক্লখি; মতম কুইনা লৈরক্লবা ব্রাখল তৌনা ময়াই ওইনা চখরকপা কাংলুপনা মাইপাকখি। কঙ্গ্রেসনা নিয়ম অমগী মখাদা লৈখিবনা অমদি প্রজা খুদিংমক্কী লৈজবা নিংতম্বা খবর্মখে ঙাকনা চৎপনা মতাং অসিদা মমাই পাকখিবনি। ভারত্তা লৈবা, রাজনিতিগী ব্রাখল, চেনবা মীশিংগী অয়াম্বা শকক্লা তিলক অমসুং মাগী কাংবুবু য়াখিবসিদা চিংননিংঙাই করিমতা লৈবমদে। অতৈ থৌদাং কযাদা কঙ্গ্রেসনা লৌখৎলম্বা আশা অমদি কান্নবা কয়ামরুম মতাং অসিদা মাংখি। ডাকুগী থবক কয়া বেঙ্গলদা থোরকখ। রুশিয়া অমসুং আইরিস রিভোলুসনারিশিংগী মতৌ তম্নরকখি।

লালহৌগী ব্রাখলনা, মুসলিম নহাবোনশিংবুসু খুদুম চনখি। ব্রাখলগী ইহৌ অসি থিংনবা আলিগড কলেজনা হোৎনখি অদুগা হৌজিক্লা, সরকারগী অকনবা শক্তিনা থিংলি, মুসলমানগীতমক বাজনিতিগী ব্রাফম অমা থম্নবা, লোয়ননা মুসলমানশিংবু কঙ্গ্রেসগী তোঙানননা তাহন্নবা আগা খাঁন অমদি মাগী অতৈ খোংলোয়শিংনা মুসলিম লীগ শেমগৎখি। হৌজক ফাওবদা থোয়না হেন্না মরুওইরিবা অদুগা ভাবতকী তুংগী চাওখৎ থৌরাংদা মকওইবক্কদবা য়েংদুনা মুসলমানশিংদমক তোঙানবা ইলেক্টেরেট শেম্নবা খন্নখি। মদুদগী হৌদুনা, মুসলমানশিংগীদমক মুসলমানতনা ইলেক্সন লেপখি, মুসলমান ভোটতরনা মখোয়বু খনখি। ভারতকী অতৈ মফমশিংদগী তোঙান তানা, রাজনিতিগী চাওববা পল অমনা মখোযবু তোঙান্না কোয়শিন্দুনা থমখিবদা, চহি চা-কয়া চৎনা চথরকইবা, হৈ-শিংলবা খোংচৎগা লোয়ননা অশোয় অঙাম য়াওদনা চংশিল্লকইবা অমতা ওইনা লিংজেন মান্ননা পুনশিনববু থুগায়খি। ইলেক্টোবেটশিংনা অককনবা ওইবনা অহানবর্দদি পুম্ভুং অদু পীকলমই, তৌইগুম্বসুং ভোটর মশীংনা য়ার্মশিল্লকপা অদুক পম্ভুং অদু অসুম অসুম পাকচাওথোরকই, লোয়ননা লাইজৌবা হকচাং পুম্না পুমথহল্লকপগুম, মদুনা রাজনিতি অমসুং সমাজগী শক্তম থীনা শোকহনখি। ম্যুনিসিপল অমসুং লোকেল সেলফ গর্ভণমেন্টতা হুচায়খি; মমৈদা অঙকপা ফংনা খায়বুং খাযবুং তাহনখি। খর লৈরগদি, মুসমলমানতগী ওইবা তোঙানবা ট্রেড ইউনিযন, ষ্টুডেন্ট ওর্গেনাইজেসন, মার্চেন্স চেম্বর থোবকর্খি। থবকর্শিং অসি পায়খৎপদা মুসলমানশিংদি শোল্লমই। হৌবকপদগী হৌনা কায়াৎ চুম্না শেমগৎলকপা ওর্গেনাইজেসন নৎলমদে, মপান শক্তমদতা মান্ননবা শেমলম্বনি; থায়ন লৈবম্বা জমিদাবগী ব্রাখল পুকচেন চেনবা মীওইশিংনা লুচিংবগী থৌদাং লৌরমই। ভারতকী লৈহৌরিবা মীয়াম্বু মথৌ শংলিবা ইহৌদগী ময়াই ওইবা য়ুম্বানগী মুসলমানশিং অমদি মুসলমান পুম্নবু অমতা ওইনা চোমলপনা তোখায় তাহনখি। বৃটিশ সবকারনা শেমগৎপীবম্বা লোয়ননা য়োক্তনা থম্বীরম্বা, মহৌশানা ফংফম থোক্লবা অপাম্বদু ভারত্তা লৈহৌই। হৌজিক্তি তোঙাল্লম্বা ইলেষ্টাটেশিংনা মবনাই ওইনা শেমগৎ শাগৎচরবা, মপাঙ্গল কল্লবা, অপাম্বদু নিংবা থুংনা লৈহঞ্জবে।

রাজনিতিগী লমদা ভাব তানরকপনা হেনগৎলকপগা লোয়ননা মমি শান্না হৌবকপা ফত্তবা থৌশিন অদু মতম খরতগী নৎলমদে। রাজনিতি, সমাজ অমদি অর্থনিতিগী ওইবা অশেংবা শক্তম্বু লৈবাক মমাংদা সরকারগী অফিসকী পোলিসিনা য়োকখত্তুনা, চম্মমনবা হেনগৎহল্লমই অমদি শন্দোকলমই। হান্না মহৌশানা লৈনরমদ্রবা পুকচেন মাংহন্নবা, কাংলুপ নায়হনবা থোকহল্লমই। মশাবু মশান থাজজবা মওংদা ব্রাখল খলহন্দনবা মপানগী ওইবা শাজন্নবনা য়ুম্ফম ওইবা হেনগৎহন্দুনা মশানা পামদবা কাংলপ্তু তশেংনা শোম্বহল্লমই।

লাইবিক লাইশুদা অমদি শেম্ভুমদা শোংথহৌববা কাংলুপ নত্রগা মশীং য়ামদবা কাংবুগী মতাংদা লৈনবা অচুম্বা পোলিসিনা, মখোয়গী অৱাংপা মেনখৎপদা অমদি চাওখৎ থৌবাংদা মকওইনা মঁহে মশিংগী লমদা, খুমাংচাওশিনহন্নবনচিংবা হীবম খুদিংবু মতেং পীবা তাবনি। মসি পুম্নবু যাম্না দবকাব ওইববা, মুসলমানশিং, শোথহৌববা মীশীং য়ামজদবা কাংবুশিং অমদি নেংশিন্দুনতা থম্নবা মীওইশিংগীদমক কবিগুম্না মখলগী থবক অমতা পায়খৎলমদে। কবিশু লৈতবা, মখাথোংবা সবকাবগী থবক তৌহন্নবা মকওইনা শন্ন নৈনবমই, মযামগী ওইনা ফীবম ফগৎনবা হোংনবগী মহুত্তা, মশাগী লৈজবা লৌশিং জ্ঞান তত্তনা অবেম্বদা তাহল্লমই।

মহৌশাদগী শোথবকলবা শোল্লবা কাংলুপ্পু ইলেক্টোবেৎ খবা তোঙাম্না খায়দোকখিবনা অমুক্কা হেন্না শোলহনখি, তোঙান তানিংবগী ৱাখলবু থৌগৎখি, জাত্তিগী অমতা ওইবা চাওখৎপবু ময়োন থুদেকখি, ডেমোক্রেসিগী মাইয়োকনবা ওইখি, জাত্তিগী অমতা ওইবা চাওখৎথৌবাংগী মাযোক্তা থুগার্যনিংবগী থোৱকপা কাংবুদা অনৌবা আশা হাপলমই, জাত্তিগী মাগী লৈজবা থাকপু হম্বহল্লি, লৈবাক খুদিংমক্না চপ মান্নবা ফংফম থোকপা লৈবাক অসিগী শেম্ভুমগী অচুম্বা ফীবেপকী ওন্নতৈনবদা মীয়ামগী ৱাখল চিংশিল্লি। মুসলমানশিংগী মবক্তা ইহান হান্না তোঙান তাবা ইলেক্টোবেটশিং অসি থোক্লমই, মদুনা অমুক পীশক পীকপা কাংবু কয়া থোক্লা তোঙান তোঙান শন্দোকখি, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা কাংলুপ কযাবু মমৈদা অমতা ওইনা পুনশিলহন্দুনা ভাবত অসি ওইখি। মসিমক (মফমশিং অসিমক) ঐহাক্না চপ চানা লেপ্পা ঙমদ্রবসু পুনশিল্লকপসিনা মতম খবদি ফবম্বা য়াই (ফনা চথবকপা গাই) তৌইগুম্বস ভাবতমচাশিংগী তোঙান তোঙানবা মথৌদাং পাংথোকপদা, মখোযসিনা অমাংবা কযা'মা থোকহল্লমই হায়না চিংনান চাই লৈতে, অমাং অত্তা থোকহল্লম্না অদুমক ওম্থোকপা অঙকপা অমনি। মখোযগী মবক্তগী তোঙান তানিংবগী বাখল অমদি লমচৎ শাজৎ থোবকখি, মমৈথংদা ভাবতগী তোঙান তানা লৈননবা অকনবা দাবী তৌখি।

তোঙানবা ইলেক্টোবেৎ চৎহনলকপা মতমদা লোর্ড মোর্লিনা ভাবতকী সেক্রেটবী ওফ ষ্টেট ওইবমই। মসি (তোখায় হৌবা অসি) মহাক্না কন্না থিংলমই, অদুবু মমৈথংদা, লাইসবোইনা কন্না তকশিল্লকপদা মহাকসু য়াবা তাখিবমই। নিয়ম অসি চৎহনবদা তুংদা খুদোংথীবক্কদবা অমদি চাওখৎ থৌবাংগী থবক পাযখৎপদা মসিনা অথিংবা খুৎলৌ পল্লৌবা ওইবক্কদবা পন্দুনা মহাক্না মাগী ভাইবিদা ইদুনা থনমই। ভাইসবোই অমসুং মাগী খোংলোয়শিংনা নিংলম্বা অদুমক চপচানা চৎনহনবঙু তৌবমই। মোন্টেক চেমসফোর্ডকী বিপোর্ট, ইণ্ডিযান কনষ্টিট্যুসন বিফোর্ম (১৯১৮) তা কাংলুপ কাংলুপকী তোঙান তোঙানবা ইলেক্টোবেৎনা খুদোংথীবা থোকহনগদবা অদু নৌতীনানা কন্না অসুম্না ইবমই, "জাৎ অমসুং কাংলুপ খায়দোকপনা জাৎ কাংলুপ মবক্তা তোঙান তোঙানবা বাজনিতি দল শেম্নদুনা মখোয মশেন য়েংথিনবা হেনগৎহনগনি, মদুনা মীওইবশিংগী মবক্তা প্রজা অমা ওইনা উনবগী মহুত্তা মাগী মাগী মথৌ থবক থানা মতুংইন্না মখোয় মশেন তোঙান তোঙান্না উনহনগনি। মবমসিনা মীওইবনা, মশানা মশাবু শাসন তৌবগী চাওখৎপবু, কাংলুপ নাইবা ইলেক্টোবেট শেমবগী থবক থৌবম্না যাম্না শাথিনা অপনবা পীবক্কনি হায়না ঐখোযনা লৌই।"

# নিপানগুবা পন্দুপ
# মরৈবাকনিংবা মায়োক্তা লোইলম

## অহানবা তাংকক

## ময়াই ওইবা য়ুম্বান-কাংবুগী উপায় লৈজদবা
## গান্ধি থোরকপা

পৃথিৱীগী অহানবা লাণ্ডাও লাকখি। রাজনিতিগী ইথক ইপোম নেমথখি। মসিগী মকওইবা মরমদি ইংনা চথবা অমসুং হেক্ত খুৎ-থোক্লবা কাংলুপ অনি থোক্লা, কঙ্গ্রেস মচেৎ তাবমই, অমদি লান মতম ওইবনা অথিংবা কয়া লৈহনখি লোয়ননা আইন কয়া চৎনহনখি। মতাং অসিদা খংজিনবা য়াবা মরম অমনা মুসলমান মরক্তা ময়াই ওইবা য়ুম্বান কাংলুপ অমা থোবকখি, মখোয়গী মজাত্তিবু নুংশিবা ৱাখল, চাং লেপ্তুনা হেনগৎলকখি লোয়ননা মখোযনা মুসলিম লীগপু কঙ্গ্রেসতা যাওশিন্নবা তকশিল্লকখি। মখোয়না অমতা ওইনা পুল্লমই।

লায়্নুংদা কল কারখানা চাওখৎলমই, বেঙ্গলগী লিমোন কারখানা, বোম্বে, অহমেদাবাদ অমসুং অতৈ এফমগী ফীশারগী কারখানাগী পোৎথোক্কী শেন্দোং চারা ১০০ দগী ২০০ ফাওবা য়ৌরমই। শেন্দোংগী অযাম্বা শরুক্তি দণ্ডিদা লৈবা মীরৈবাক্কী শেন মীরৈবাক্কী শেন শীজিন্না কারখানা মপুগী মখুত্তা তাখি, শকক খবনা ভাবত্তা লৈবা ক্রোবপার্তিশিংগী শেনগাওদা চংখি, অদুগা শেন্দোং শুংগৎলিবা থবক শুবা কাংবুনা ৱানা লায়ববা মপুন্সি লেনখি, মোৎলবা, লায়না কযাগী তুংফম ওইববা, খুলুবন্না মখোয়গী ময়ুম ওইখি, মখোয়গী ময়ুমদা থোং, মিন্থৎথোং পাল্লমদে, চেম্নী যাওদে, মৈ পীদে, ঈশিং ফংদে, হকচাং ফনবা কবিগুম্বা মখলগী থৌবাং অমতা তৌবীদে। বৃটিশনা খুৎচনখ্রবা, কোনুং কযাগী সহবনি হায়নবা কলিকতা মযাদনি মসি। ভাবতকী অচৌবা সহবর্মক্তি হায়না লৌনবীবা বম্বেদা, ইনকাবি কমিসন্না, কা অমা থেংনৈ, কা অদু ফুট ১৫ শাংই ১২ পাকই, কা অদুদা ইমুং মনুং তোঙান তোঙানবা তকক লৈবমই, অহন অমসুং অঙাং পুন্না মী কুম্ভ্রা খক লৈবমই। মীযাম মরক্তা নুপী অহুমদি অঙাং উন্নবগীদমক তোঙান্না লৈনিংলমই, ইমুং খুদিংগী কাদুদা তোঙান তোঙানবা চাকখুম লৈবমই। মখোযনা লৈবিবদু হেন্না ফববা যুগ্বান্নি, তৌইগুম্বসুং খ্বাইগা মান্নদবা তোপ তোকপ্পমক নত্তে। ১৯২০ ৩০ গী মনুংদা য়ুমলৈ কৈবৈ ফনা শেমগৎলকপদা অসিগুম্বা য়ুম্বান অসি মহৌশা লৈবমই হায়না পীবকপা বিপোর্টতা শন্দোক্লা ইবকপনি। বাখলনা হান্না শাগৎলবা শক্তম তুংইন্না চাওখৎখোংচৎনা মগুম শান্না খজিক তুং ইল্লকইবা অসিগী মমাংদা লৈবমইবা ফীবম অসি কবি কবম তৌবগে ?

কলকারখানাদা থবকশুবাশিংনা লৈবা, মীওইবনা লৈবদা মতিকচাদ্রবা খাংপোকশং অমসুং যাবেকফম যেংউবা, মফমদুদা স্বব ফুনবা, থোবকপদা মিৎ তন্দল পাইবা, থরাই নুংঙাইতবা, শাওনিংবা ঐহাক্লা নিংশিংই। সাবিয়াদা লৈবা কযলা খনিদা কুমথদুনা চংদুনা যেংউবা, মফমদুদা থবক শুবা নিপিশিংগী ফীবমসু ঐহাক নিংশিংই। অসিগুম্বা ফীবমদা মীওইবশিংনা থবক শুবা উকবদা থম্মোই শোকপা অমদি পুন্নমকসিগী দৃশ্য ঐহাক্লা কৈদৌঙৈদসু কাওথোকপা ঙম্লোই। মতুংদা নিপীশিংবু খনি মনুংদা চংবা থিংখি, অদুবু লানগী দবকাবনা হেনগৎলকপনা থবক শুবগী চাং হেনগৎলক্লুনা নিপিশিংবু অমুক খনি লৈবোম্নুংদা চংহন্দুনা থবক শুহল্লি হায়না ঐখোয়দা হায়; অদুফাওবদা মী কোটি কয়া কয়ানা থবক ফংদে, চবাহেল্লি। মী ৱাৎপদি লৈতে, অদুবু থবক শুমন যাম্না তানা পীবনা, থবক্কী থৌবাং ফত্তবনা থবক শুনিংদবা পোকহল্লি।

বৃটিশ ট্রেডস ইউনিয়ন কঙ্গ্রেসনা থাবকপা মীওইশিংনা খৃঃ ১৯২৮ দা ভাবত য়েংবা লাকখি। মখোয়গী রিপোর্টতা মখোয়না অসুম্না হায়, "ভারতবাসি কোটি কোটিগী নিংব কায়বা, অবাম থৌবাংবা অমদি আসামদা চা থানবগী অকনবা থৌদাং চহি চহি খুদিংগী হেঞ্জিল্লকলি।" বেঙ্গলগী ডিবেক্তব ওফ পব্লিক হেল্‌ডনা ১৯২৭-২৮ গী বিপোর্টতা হায়রমই, "প্রদেশ অসিদা লৈবিবা লৌমী অমদি শিনমীনা অসিগুম্বা চিঞ্জাক চাই মদুগুম্বা চিঞ্জাক অদু চাবা উচিনা চযোল মঙাদগী হেন্না পুন্সিবা ঙমদে॥"

মমৈথংদা পৃথিবীগী লাঞ্জাও লোযশিনখি; লান্দা তৌখিবা সন্ধিনা ঐখোয়গী কান্নবা চাওখৎপা পুবকপগী মহুত্তা অকনবা দণ্ডি পীনবা আইন ঐখোযগী ইথক্তা চলাইখি, পঞ্জাবতা মার্শিয়েল লো থম্মখি। মীওইববু তুকচবা ওইনা লৌবা, থম্মোই শোক্লবা ৱাখল অমদি কাওথোকপা ঙমদ্রবা অশাওবনা ঐখোযগী প্রজাগী লাইপু লাইনা ওইহনখি। সংবিধান শেমদোক্লবা অবোযবা নাইদনা ঙাংনবা, ভাবতমচাদা সবকাবগী থবক পীগনি হায়না নুংঙাইহনবা পুন্নমক কবেম কথাইনবা অমদি ইকাইবা পীবনি, মতম'সিদা ঐখোযগী লৈবাক্কী মী পুন্নমক্কী তৌবা ঙম্বা শক্তি পুম্বা মকফংনা মাংহনখি, মিনুংশি খংদনা, অবোযবা লৈতনা, ওং নৈবনা ঐখোযগী লৈত লাইববু চং ফংনা হৌঞ্জিনহনখি লোয়ননা পাঙ্গল থৌনা পুম্বা মাংহনবা মখৈ ই-চুপখি। হন্না যেংবীদবা জান্তি অমা ওইখি।

অদুবু ঐখোয়না কবিদি তৌবা ঙমগনি, অসিগুম্বা তর্মথিববা নিয়ম অসিবু কবম্না হোংহনাগনি ? তমগীনা মপাঙ্গল কল্লবা হিংচাবাগী মখুৎ চনখীবনা ঐখোযগী উপায কবিমতা লৈখিদে ঐখোয়গী কযাৎ পুম্বা লেংঙম-শাঙমাখদে, ঐখোয়গী বাখলদা অকীবা পোকহনখি। লৌমী শিম্মী পুম্বা মীনায শিংদা চনহনখি অকীবা চৈবাক পীখি, কল কাবখানাগা থবক শুবা কাংবুগী ফীবম্না শোকচিনখি অমুক হেন্না অমম্বনা শিনবা থুংনা কৃপখ্রবদা লমজিং থাওমৈ ওইগদৌবিবা মযাই ওইনা নুংঙাইবা মীওই অমদি জ্ঞান লৈবা মী পুম্বা চম্মানববা অমম্বগী সমুদ্রদা লুপশিন্দুনা থমখি। মবম খবদা, লৌমী শিনমীশিংগী পীবমদগী মখোযগীনা থোযনা হেন্না অৱাবা ওইখি। মখোয অযাম্বা নাইতোম তাবা জ্ঞানীঙাকনি, লৈবাক অসিদগী মখোযবু তোঙাম্না তাহনাখি, খুৎনা শুবা থবক অমদি খুৎশা হৈবগী থবক মখোযনা তৌবা ঙম্নমদে, থবক ফংদবা মীযাম্বু সিফাই খলহন্দুনা নমশিনবগী লোয়বা নাযদবা সিফাইগী থবক মখোযসু তৌবা তাখি; অসুম্না উপায লৈতবনা অমদি আশা নৌতেক তেকহনলনা, লমথুংদবীদা পুৎথদুনা অবেং খুদিং পুথদুনা লুপা পুথখিবগুম মখোযনা লৈখি। মাইপাক্লনা ডাক্তব নত্রগা উকিল নত্রগা ইঞ্জিনিয়াব নত্রগা কেবাণী, মীয়াম মমাংদা কবিমতা খেংনহল্লমদে। লৌমীনা চবা তেনখি; অসিগুম্বা অবস্থাগী মায়োক্তা চহি চা কযা চুপ্পা তোঙানবা মখলগী লান থেংনবনা, খাংনা কনবু মখোযদা তমবীখি, লাইববা অমসুং চবাহেনবগী খয়াত্তা তাববসু মখোয়না ইংনা চিংলেম্না লৈখি; লোয়ননা ককপা ঙমদ্রবা মবাইবক্তা তম্বা অদু মখোয়না য়ানা লৈবা তাখি। মযাই ওইবা যুম্বানগী মীওইশিং মক ওইনা লল্লোনবা কাংবুদি অসিগুম্না ফত্তবা অবস্থাদা লৈবমদে। মথোং চাদনা নৈহৎপীবা মখোযদুনা, মখোযদা আশা পীবা য়াবা, অবিবা নত্রগা অনৌবা অদুফাওবা কদাযদা থিকগদগে হায়বা, মফম মবাং কবিমতা খংখিদে। অৱাবা অবস্থানা লেপ্পা লৈতনা চংশিল্লক্কুনা মযা লাওনা কাখত্তুনা য়োংশিল্লকপনা সমাজগী ওইবা থাক অমতা পাযখৎপা ঙম্নমদে লোযননা মতমদুগা চান্নবা কবিগুম্না মখলগী কান্নবা থবক অমতা তৌবা ঙম্নমদে। চৎনবীনা কুয়োম ওইনা যোমদুনা পোক্লবসু মতম কুইনা লৈবক্লবা কলচব, মখোযনা খুৎ থাবা ঙম্নমদে। মতমগী ৱাখলনা মখোযবু শুমক্কৎখি অদুম্নদি ওইববদা মনুং থিৎনা মতমগী সমাজ অমসুং বিজ্ঞানগী জ্ঞান খংবা ঙম্নমদে। মতমগী অৱাবনা মখোয়বু লাক্লবদগী খজিক হন্দোক্কুনা অৱাপোত্থানবা, হৌজিক চৎনদ্রবা, হৌপ্রবা মতমগী ওইবা শকক্তা চেৎনা চংশিন্নবা মখোয় খবনা হোৎনবমই। মদুদসু মখোযনা অৱা-পোত্থাবা কবিমতা ফংবা ঙমখিদে; মতাং অসিদা টাকবনা হাযখি, শিবে খংলবদা সেবা তৌবোইদবনি মবমদি শিখ্রবশিংপুম্বা অশিবগী খযাঙা তাখ্রবনি।* অতৈ খব'মনা পোকচবা মিহৌহনবদা খুৎ চনখিবনা কান্নবা ফংদবা নোংচুপ হারমগী মতৌ তমখি। অসুম্না হীনাও শাবা য়াওদ্রবা হীগুম, ইঙাও ঙাওনা মশাগী অমসুং ৱাখলগী ঙাকশেন্নবা খোংফম থীবি; খোংফম করিমতা ফংদ্রবদা ভাবতমচাগী ওইবা পুন্সিগী নৈববা সমুদ্র ইমাইদা হিংনবা আশা য়াওদনা মাইকৈ শলাই খংদনা তাওবি।

ঐখোয়না কবি তৌবা ঙমগনি ? ভাবতকী ই-চুপালিবা, লাইববা অমদি হায়জকবা তৌজকবা হীবম খুদিংদা কবিমতা

নাচুংবীদ্রবা, তাবীদ্রবা, অবেং খুদিং পুখহনবতা থোক্লবা লমথুংদবীদগী, ভারত অসিবু চিংখত্তুনা, ঐখোয়না কবয়া কনবা ঙমগনি। পুক্রিং, লাংতক্লববা, নিংজিং মাংজিংনববা নুংশাথীববা, চহি খবতগীদি নত্তনা, মতম শাংলবা মীবোন কয়া চুপ্পা, ঐখোয়গী প্রজানা, ই অমসুং থৌনা, পী অমসুং হুমাং কৎথোক্লকলি। শিংলি-নাওরি, থম্লোম্বী শোম্বহন্দুনা তপ্পা তপ্পা ঐখোয়বু শোযবা লৈতনা অশিবগী থয়াত্তা হুঞ্জিনবা, তমথীবা লায়নাগুম, ঐখোয়গী হিংনবা ওইবা পুন্সিগী আশাবু, হ চায়শিন্দুনা মাংহনবা, অসিগুম্বা নিতি নিয়ম্না ঐখোয়গী থবাই হকচাংবু মখোং থেংনা লেপ্পুনা চাশিল্লি। কোলেবা, অমদি থুনা শন্দোকপা প্লেগ কুম্না, অথুবা শোয়বা লৈবরোইদবা নিয়মনা থোয়না হেন্না ফবগদ্রা, হায়না ঐখোয়না করিগুম্বদা খল্লমই, মদুসু হৌখ্রবা মতমগী বাফমনি, মবমদি কবিগুম্বা মফমদা লুচিংবীনবা থৌনা লৈখিদ্রে; মক-মবা চেৎশিনখ্রবা লাইনাবু শেবান্নবা লাইয়েংনা, ফহনবা ওইথোক্কবনি।

অসিগুম্বা মতমদা গান্ধি ফাওবকখি। ঐখোয়বু তিংলিয়াংলিহনবা, চনিংতানা নুংশ্বাস্লব হোলহন্‌বা অশেংবা নুংশিৎকুম, মহাক্না শেংনা থৌনা হাপ্লমই, ঐখোযগী মিত্তা খল্লম্বা কুবাংবান মাংহনবা, অমমববু মাংহনবা, মঙান মশেক্লুম পৃম্লমকপু, মকওইনা, মীওইবগী বাখলনা তৌবা থবক পৃম্লমকপু মথক মখা থোক ওনবা ঙম্বা কল্লবা নোংলৈ নুংশিৎকুম মহাক ফাওবকখি। অচৌ-অশাং মবক্তগী মহাক থোবকপা নত্তে; ভাবতকী মমালোন ঙাংদুনা, পুক্লিং তত্তনা চিংশিন্দুনা, পেন্দবা কয়াবু থম্মোই শোক্না পন্দুনা, ভাবতবাসি কোটি কয়াগী মবক্তগী মহাক তোমথিন থোবকপনি। মখোয়না ওৎনৈবদা খাংদুনা লৈবিবা নখোয় পৃম্লমক লৌমী অমসুং শিন্নীবু শৌগৎলু, মহাক্না হায়বমই, লাইববা অনংবা পোকহল্লিবা মখোয়গী নিয়ম অসিদগী লাপথোকউ। মতুংদা বার্জানতগী নিংতম্বা খোংচৎতা অনৌবা অহোংবা অমা লাক্লমই লোযননা অনৌবা অপেনবা অমা পুবকখি। মসিমখৈ, ঐখোয়না খবদা ওইনা লৌখৎকদবনি, মহাক্না হায়বমই, অদুগা করিগুম্বদা শুকলৌসু লৌবোইদবনি। মসি পৃম্লমকসি মকওইবা ঙাক নত্তে।মীওইবগী নুংঙাই য়াইফববু পুক্লিংদা চেৎনা কাওদনা মতম পুম্বদা থম্লগা মবী লৈনবা থবক পায়খৎপা, অচুম্বা, অকীবা লৈতবা-মসিনা মহাক্কী পাওতাক্কী মক ওইবা শর্কাক্ল। ঐখোযগী অবিবা লাইবিকশিংদা অসুম্না হায জাত্তি অমগী নত্রগা মী অমগী খ্বাইদগী চাওবা, ঈশ্বরনা মনাওইনা পীবা গুণদি, (অভয়) কীদর্বান, মশাগী মথৌনাদা নত্তনা বাখলদসু অকীবা পোকলোইদর্বনি। ঐখোয়গী ইতিহাসকী অহৌবা মতাংদা জনক অমসুং থজনাভক্ষানা হায়বমই, মর্দুদি মীয়ামগী লুচিংবশিংগী মথৌদি মীয়াম্বু অকীবা খংহন্দবনি। বৃটিশ সাশন মখাদ ভাবত্তা, মকওইনা, পুক্লিংদা থুকহনবদি, কীহনবনি — মফম শিনবা থুংনা, ওৎপা, থৌবি মেত্তুনা কীহনবা, সিফাই পুলিস অমদি লৈবাক শিঙ্গুংনা লৈপ্রবা, অবোনবা থবক্কী অকীবা, অফিসকী থবক তৌবশিংনা কীহনবা, ফাদোক পীনবা অমদি নমথনবা চলায়বা আইনগী অকীবা, জামিদারশিংগী মীওইশিংনা কীহনবা, শেন পুথোকপা মহাজনশিংনা কীহনবা, খুদক খুদক্তা তেংবানবা, থবক ফংদবা অমসুং চবাহেনবগী অকীবা। মফম শিনবা থুংনা শন্দোকখ্রবা "অকীবা" অসিগী মায়োক্তা ইংনা মপুং ফাববা খোল্লাও "কীগনু" হাযবসি গান্ধীনা লাওবকখি। মসিবু ইচম চম্বা পোৎলা ? তশেংনমক নত্তে। অচুম্বা অমসুং অচুম্বা-মশামক্তগী হেন্না কীনিংঙাই ওইবা, অকীবগী ভূত, অকীবনা শেমজবে; ইংনা মচা খায়না থিজিনবদা অমদি মদুগী মহৈ-ফল য়ানিংনা লৌববদা মসিগী অকীবা অয়াম্বা মাংখি।

অসুম্না ইখং খংহৌদনা অকীবগী অমুবা ফীজং লৌথোকখি, তশেংনা পুংকোক কোকহনবমক নত্রবসু অঙকপা চাং য়ৌনফাওবদি প্রজাশিংগী বাখলদগী কোকহনখি। অকীবা, অবানবগী চান্নববা তৎনথান্নদ্রবা মবাপ ওইবা অদুক অচুম্বগা কীবখংদবগা (থৌনাফবগা) তৎনথানদে। ভাবতবাসিশিং অসি মহৌশাদগী হৌজিক হেননা থাজবা বাৎলে; মকওইবা গুণ অসি মখোয়না অহিং অমদা হোংদোকখিবা নত্তে; অদুমকপু অবানবা অমসুং অবেপ্পা লৈতবা লমচৎনা ময়েং তাথবকপদি মহৌশা ওইবনা সমুদ্রনা মিৎ থনবগুম অহোংবা অদু মপুং ফানা মিৎনা উবমই। সাইকোলোজিগী অকুপ্পা নিয়ম মতুংইন্না হৈ-শিংলবা কনাগুম্বনা মাগী (পেশেন্) অনাবা মীগী হৌখ্রবা বাবী অমদি থৌদোক্তা কুপ্পা য়েংশিল্লগা, অনাবগী হৌবকফম মক পুথোক্তুনা হৌরকফম অদুবু মমুৎ তানা খংদোক্লগা অনাবা-লাইনা অদুদগী অনাবা মীবু কনবগুম লাকইবা অহোংবা অসিমক সাইকোলোজিগী ওইবা অহোংবনি।

সাইকোলোজি অদুমক্কী হন্না কাওবম্বা (বি-এক্সন) লৈতবা নত্তে; ঐখোযবু নমথবা অমদি চাং তাহনবা, মীবৈবাক

মচাগী শাসন মথাদা মতম শাংনা, ঐখোয়না য়াদুনা লৈকবগী ইকাইবা ৱাখল অমা পোক্কবা নত্তে; ওইনিংবা অমা ওইবসু মাদুব্বু য়াদুনা লৈনিংদবা, ৱাখলগী অপাম্বা ইথিল অমা পোকলকখি।

ঐখোয়না হান্না ওইবম্বা অদুদগী হেন্না থাজবা যাবা ঐখোয়না ওইবম্বা নত্তে; তৌইগুম্বসুং গান্ধিদি মতম পুম্বদা হায়নবা লৈতনা, অচুম্বগী শক্তম (খুদম) অমা ওইবি; ইকাইবদগী ঐখোয়বু চিংখৎপীদুনা অচুম্ববোমদা মহাক্না লমজিংবীবমই। অচুম্বা কবিনো ? অশেংবমক্তি ঐহাক খংদে; ঐখোয়না খংইবা অচুম্বশিং অসি মবী ইবৈলৈনৈ; অদুগা অশেংবা অচুম্বমক্তি ঐখোয়গী জ্ঞানগী ৱাংমদা লৈপ্রে। তোঙান তোঙানবা মীশিংনা মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা ৱাখলন্না অচুম্ববু লেপই, লৌই, লোয়ননা লৌবসু য়াই; মানা মানা খঞ্জবা খংজবা, তমজবকপা অমদি মশাদা পানবনা কননা মখোয় খুদিংবু লাকাশিল্লি, খুদুম চল্লি। অদুনা গান্ধিসু অদুমঙাই। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা হায়বসিমক মী খুদিংদা মশামক্না অচুম্বনি হায়না খংইবা খল্লিবা অদুমক্তি। হায়বিবা অসিগী মতুংইন্নানি, গান্ধিনা লৌবগুম অতৈ মীওইনা খল্লিবা লৌবিবা অচুম্বদু, ঐহাক কাবমতা খংদে হায়বিবাসি। রাজনিতিগী মীওই অমগী গুণ অসি খুদোংথীনিঙাইনি মবমদি মহাক নিংইবা অদুতমক মহাক্না ঙাংথোকই লোয়নানা লাকইবা অহোংবা তাংকক অদুতমক মীয়াম প্রজাদা উহল্লি।

ভাবত্তা লৈবিবা মী কোটি কয়াবু তোঙান তোঙানবা থাক্তা গান্ধিনা খুদুম চনশিল্লি; খবানা মখোয়গী পূন্সিগী ফীবমবু পুমহোং হোংদোকই; খবনা খবদা ওইনা হোংই নত্রগা শুকহোং হোংদে; অদুবু মসিমকসু পুমচুম চুম্বা নত্তে খর্বাদি খজিক্তা ফাওবা হোংহনবা ঙমদবসু যাওদবা নত্তে। তোঙান তোঙানবা মীনা তোঙান তোঙান্না থবক তৌথোকই, বাতং অসিদা মী খুদিংমক্না মাগী মাগী পাওখুম পীনৈ। আর্লসিবাইডসনা হায়বগুম খবনা অসুম্না হায়বা য়াই, "পৃম্নমক্কী মথক্তা, কনাগুম্বনা বা ঙাংবা, ঐখোয়না তাবা কালদা, মহাক্না ফনা যাম্না বাঙাংবা হৈবা মী ওইববসু, মানা ঙাংইবদু ঐখোয়না নাকান্দা হাপ্পে, অদুগা নহাক্না ঙাংবা তাবগদি নত্রগা নহাক্না হায়খিবদু কনাগুম্বনা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়বা তাবদা মহাক্না যাম্না ফওনা চঙ্খ্রক্লুনা হায়বফাওবদা তাবিবা অদুনা নিপা, নিপী নত্রগা অঙাং ওইবনফাওবদা কবিমতা খন্দনা ইনুংদা নুংঙাইনা থোকই লোয়ননা তাবদা ইশুম শুদ্ধংলি। অদুগা ঐগী ৱা ওইনা হায়ববাদি, লৈবাকমচাশা, ঐহাকপু কীদ্রগাদি ঐহাক অসি খুদুম চংখ্রবানি হায়না ঐঙোন্দা নহাক্না হেক্তা হায়বা যাই, ঐহাক্না বাশক্লুনা হায়লিবসিনি, হায়বিবা ৱা অদুনা (বাহৈ খবা অদুনা) মহৌশাগী মায়াদবা অমা ঐঙোন্দা পোকহল্লি-হৌজিক ফাওবা নুংঙাইতবদু কোক্লি, মসিমক শোয়দ্রবাদি কোকফমসু থোক্তে। ঙাইবদু হেক তাবদা, সাইবেলগী পুবোনিতনা মী হাৎলমদাইদা পজা তৌবা কালদা মীয়াম্না ইঙাও ঙাওনা ঈশৈ শকপা জগাই শাবদা শিদৌবিবা থৌবিনা পুল্লবা মীদুনা শাওনিংবদগী হেন্না, পুক্লিং শাওনিংবা পোকই; শাওনিংবনা লৈযংফাই; মিঙ্গাপিবাং চৌল্লি ওঙ্ছোকপনি-মসি ঐঙোন্দতা ওইগদবা নত্তে মীপুম খুদিংমক্তসু ওইফম থোকই।"

হোই, পেবিকল্সনা ৱা ঙাংবা ঐহাক তাপ্রে, বা ঙাংবা হৈবে হায়না ঐহাক্না নিংবা ৱাঙাং হৈবা, অফাওবা কয়ানা ঙাংবা, ঐহাক তাপ্রে; মখোয়না ঙাংবা তাবদা, অসুম্না ঐহাক খক খনখিদে; মখোযনা ঙাংবা বাঙাংনা ঐগী পুক মথকমখা ওলহনবা ঙমদে, অতোনবা কাংবুগী মবক্তা খ্বাইদগী তেল্লবনি ঐহাক অসি হায়বা ৱাখলতমক ঐঙোন্দা পোকই (ফাওই); তৌইগুম্বসুং, কায়নথংদদি, ঐহাকনা চৎলম্বা লমচৎ অদু কাযদনা চুম্না ঐহাক চৎপা ঙম্মোই হায়না মৌনযাক্লনা, মতাং অসিদা, ঐহাক্কী ৱাখলদা তত্তনা থাজবা পোকহল্লে।

কনাগুম্বা মী অমগী মফমদা ঐহাক্না কৈদৌঙৈদসু ঊখদ্রিবা পোৎ অমগা লৈ - অসিগুম্বা মখলগী পোৎ অসি ঐঙোন্দা ফংগনি হায়না নহাক আশা তৌকগনু, অতৈদসু অদুমঙাই মদু ইকাইবগী জ্ঞান্নি। পৃথিবীগী মনুংদা সোক্রেট মতোমতনা ঐহাকপু ইকাইবা পীবা ঙমখি। মবমদি মদুদগী নাম্ব্রোকপা ঙমখিদে, ঐঙোন্দা মহাকনা তাকপীবা থবক অদুমক ঐহাক্না তৌবা তাই হায়বা ঐহাক খংই। অদুবু, মহাকপু উদবা মিকুপ্তা, মীযামগী ঈহৌ মাইয়োক্লবদা ঐহাক কবি তৌগদবগে খনবদা ঐহাক্না চেকশিন্দে। মীচেন ওইববা মীনাই অমগুম ঐহাক্না নাম্ব্রোকই; ঐহাক্না হেক ঙমইবমখৈ মহাক্না থেংনদনবা হোৎনৈ; মতুংদা মহাক্না হেক থেংনবদা, মতম খবগী মমাংদা ঐহাক্না তৌখবশিংদু ঐহাক্না নিংশিংই, ইতোমতা ইকাইজবকই।

লিলদগী হেন্না মহু কনবা পোৎ খবনা ঐহাকপু চিকপ্রে; চীকইবশিংগী মনুংদা ঐবু চিকখিবা অসিনা খ্বাইদগী হেন্না নাই। নহাক্না হায়নিংবা অমা হাযববদা থম্মোই নত্রগা ৱাখলদনি ঐহাকপু চীকথ্রিবাদু।

# নিপানগুবা পন্দুপ

## অনিশুবা তাংকক

## গান্ধিগী লুচিং মখাদা কঙ্গ্রেস য়াম্না থুনা অকনবা পার্টি ওইখি।

## কঙ্গ্রেস শেমগৎখি

কঙ্গ্রেস শেমগৎপদা, গান্ধিনা অহানবা হেক য়াওশিল্লকপগা কঙ্গ্রেসকী সংবিধান পুমহোং হোংদোকখি। মহাক্না সংবিদান অদু ডেমোক্রেটিক ওইহনখি লোযননা মীয়াম পুন্নমক য়াওহনখি। ডেমোক্রেটিক ওইহনবতা নত্তনা মীপুম খুদিংমক্কী অপান্বা নিংতমহনখি; মসি নুংঙাই য়াইফবা মীওইশিংদদি অথিংবা ওইহল্লমই। হৌজিক লৌমীশিং ভম্না য়াওশিল্লকখি, কঙ্গ্রেসকী অনৌবা ফীজোন চৎনবকপদা ফীজোন অদুমক মশীং লকওমদ্রবা লৌমীশিংগী ফীজোন ওইনা উনখি লোয়ননা মযাই ওইবা যুম্বানগী অকনবা অপান্বা ফীজোন ওইখি। অসিগুম্বা, লৌমীগী লমচৎ-শাজৎ ফজবা হেনগৎহনখি। কল কাবখানাদা থবক শুবিবা শিন্নীশিংসু য়াওশিল্লকখি তৌইগুম্বসুং তোঙানবা কাংলুপ নাইবা মওংগী ইথিল মখাদা য়াওশিল্লকপগী মশুঙা লনাই লনাই ওইনা য়াওশিল্লকখি।

থবক্না সংস্থান অদুগী উদেশ্য ওইবমই; শান্তি ওইবা মওংদা থবক পায়খৎলকখি। মসিগী মাযোক্তা লৈবা সংস্থানশিংগীদমক্তদি রাবী শুবা (রাবেম ভাংবা) রাবেপ লৌবা নত্রগা মীহাৎ মীপুনগী থবক ঙাক ওইনা তৌবমই। হায়বিবশিং অসিমক মীযাম্না যানবমদে; কঙ্গ্রেসকী মকওইবা উদেশ্যগা চান্নদবনা মীহাৎ-মীপুনগী থবকপু তুক্কচনবমই। অনৌবা থৌওংগী থবক লৌখৎখি, থৌওং অদু মপুংফানা শান্তি ওইববসু লাল্লি হায়না খংলবা থবক্তবু সুমযা যাবমদে; মদুগী মহৈ ওইনা থৌওং অসি পাযখৎলকপদা মশানা যানা অরা-অনা খাংবা তাবম্মী। মবিং মবাং ওইবা শান্তিগী মীওই গান্ধিনা ওইবমই মবমদি অহনবা লৈতবনা মপাঙ্গলনা মপুং ওইববা অকনবা থবক পাযখৎপা মীওই অমা মহাক ওইবমই। মবাইবক্তা তন্না নত্রগা মহাক্না মশানা ফত্তে হাযনা খনবা অদু মহাক্না য়াবমদে। শান্তি ওইবা অমদি নোল্লুকপনা মপুং ওইরবসু মহাক য়াম্না খাংবা কল্লমই।

তৌহন্নংবা থবক অসি অনিথোক্লমই। অনি'সি তশেংনমক মুক্কবা অমসুং মীবৈবাক্কী আইন-কানুনবু থিংবনি; লোযনন। সমাজগী হান্না লৈবম্না ফত্তববু মায়োক য়াদুনা মাংহনবসু অমনি। কঙ্গ্রেসকী আদস্য ওইবিবা, ভাবতকপু নিংতমহনগদবনি। অমদি শান্তি ওইবা থৌওংদা থবক পায়খৎকদবনি (হায়বদুগী মথক্তা) হায়বা অদুদা নত্তনা জাতি অসিবু অমতা ওইনা শেমগৎপগী মকওইবা পায়খৎকদবা থবক্তা মীশিং য়ামদবা কাংবুবু থৌবম পায়খৎপা শোৎথহৌববা পাপকী মশক ওইববা চৎনবীবু লৌথোকপসু য়াওবমই।

অকীবা, ইজ্জৎ, মতেংপাংনবা, অমদি প্রজাগী য়ানিংবা নত্রগা য়ানিংদবা, কাংবু খবনা বৃটিশকী শাসন মখাদা মশাগী ওইজশ কান্নবা তানবা, অসিনচিংবা অসি বৃটিশ শাসনগী মকওইবা মবম কয়ানি হায়বা খংদুনা গান্ধিনা অসিগুম্বা যুম্ফমশিং অসিবু মাযোক যাবমই। ফম্নাইববা থাদোক্লবা তাখি, ফম্নাইনিংবা মীওই খরতনা ফম্নাইবা পামজ্বসু মসিগী মশিংনা হুম্ববকপনা বৃটিশনা পীবা ফমবু ইকাইখুম্নবা তোকনবকখি, ফমশিং অসিনা হুম্বনা য়েংবগী খুদম ওইখি। নুংঙাই য়াইফবগী অনৌবা চাংচৎ

অমসুং মগুণ শেমগৎশানরকখি; পুক্লিংদা থুক লাওবা পোকহনবা, য়েংবদা চমৎকাব ওইববা উজোম চাওববা বৃটিশ সবকারগী মহুৎশিনবা ভাইসবোই অমদি নিংথৌগী ব্রায়েন বিচাব শং খংহৌদনা মীয়ামগী নোক্লনিংঙাই ওইবক্লে-তুক্কচনবক্লে থোইনা ইকাইনিংঙাই ওইবকলে; মসিগী অয়াম্বা মবমদি প্রজাগী অব্রাবা লায়নবনা মখোয়গী অকোইবদা পুমকোই কোইশিল্লকখি। ইনাকখুনবা মীওইনা মখোয়গী মবন মথুম উথোক্তনবা লাংতক্লবি; মখোয়না ইচম চম্না লৈনিংলমই, মীচম প্রজাগা খেৎন্দনা শেৎ-চাবা পাম্লবকখি।

কঙ্গ্রেসকী অহল ওইববা লুচিংবশিংনা তোঙান তোঙানবা অমদি য়াম্না ইংনা পুন্সি লেল্লকপনা অনৌবা, নৌনা হৌবকপা লিচৎ শাজৎ নিয়ম কয়া হৈনবমদে লোয়ননা মীয়াম্না মকোক হায়গৎপনা মখোযদা থোযনা, ওৎ নৈবা ওইনা থোক্লমই। অদুবু ব্রাখল অমসুং পোকফমগী ইথক্লা মপাঙ্গল কনবনা অদুগুম্বা ব্রাখল অমসুং পুক্লিংগী ফীবেপ্পা লৈবাক অসি শিনবা থুংনা শিল্লমই লোয়ননা অসিগুম্বা ময়াইকাহল্লমই। মীওই খবদি নিংহন্নখি, মখোয়গী মনুংদা মিষ্টব এমঃ এঃ জিন্নাবু যাওবমই। মহাক্লা কঙ্গ্রেস থাদোকখি, মহাকনা কঙ্গ্রেস থাদোকখিবসি হিন্দু মুসলমান মতাংদা পীনবা তোঙান তোঙানবা মতকী মতাংদা নত্তে, অনৌবা অমদি হেন্না লুশিল্লকপা আইডিওলোজি মহাক্লা পামদবনা তোকখিবনি, অদুগা মকওইবা মবম অমনা ফীজোন নিংথিনা শেৎচাদবা মীয়াম অমদি কঙ্গ্রেস যাওবিবা মীয়াম্না হিন্দুষ্টানি ভাংন-শানবা মহাকনা পামদবনি। মাগী বাজনীতি ব্রাখলদি য়াম্না ব্রাংবা মখলগী ওইনা তৌই লোযননা পোজিসলেটিক অমদি কমিটি ফম্বা মফমদতা চা নগদবা মখলগী ওইবমই। চহি কযামকম মীয়াম মবক্তা মহাক য়াওনিংলমদে মপুন্সি চুপ্পা ভাবত থাদোক্লে হাযনা মহাক্লা লেপলমই। ইংলণ্ডদা মহাক খুন্দাখি, চহি মতম শাংনা মফমদুদা মহাক লৈখি।

ভাবতমচানা মকওইনা শান্তি নুংঙাইবা পামই হাযনবমই, মদু অচুম্বনি হায়না ঐসু খল্লি। মহীশা লৈবস্‌ কাংপুনা নাদুম্না মপুন্সি লেন্নবা হোৎন্নবমই; মতম শাংনা চৎনবক্লবা দর্শণগী অপাম্বদু শান্তি অমসুং নুংঙাইবা তানর্বানি, অদুবু খ্বাইগা ইমান মান্দনা ভাবত্তা পোকপা গান্ধিদি হার্যবিবা শান্তি (ইংনা পানবা) নুংঙাইবা পাম্বা অসিগী ওন্নতৈনবা পাম্না মীওই ওইনা তৌবমই। মহাক মপাঙ্গলদা, থবক্তা হিংচার্বানি, মপাঙ্গল মবুদ্ধিনা অথৌবনি, মশামক ইচং থৌজবতা নত্তনা অতৈবৃসু মহাকনা ইচং থৌহল্লমই। মযোক য়াবদা, অতৈনা ঙমদবা, মহাকনা ঙমলকই হাযবা ঐহাক খংই; ভাবতমচানা নুংঙাইথোকপা পাম্না নাখলবু মহাক্লা হোংহন্নবা হোৎনবমই।

থবক্কী লমদা চংশিন্নবা অনৌবা পাওতাক, অর্মদি মশীং লাকঙমদ্রবা পাওমীশিংগী তৌবা ঙম্বা শক্তি, লরাই থৌরাই অর্মাদ খুঙ্গংদা ঐখোয়বু মহাক্লা হায়বমই। লৌমীশিংগী মপুক্লিং ওল্লমই; মহাক্কী চিক্লবা লৈফমদগী মহাক থোবক্লমই। ঐখোয়না ফংবা মহৈ অদু খেৎনবমলবসু মদু লাপ্পা-শন্না শন্দোকখিবমই অহানবামক্তাদা হান্না ওইবম্বগুম্না মহাক্কী লৈপাক্লা লৈকং তাদনা শাবা খাংপোক অদুমক খুঞ্জাশিংগীগা যাম্না মান্নবদু ঐখোযনা উবমই; মখোয়গী অবাম খৌবাংবগী ইথিন কল্লবা নাখলগী কল্লবা মশেক্লা মহাকপু মতমপুম্বদা তর্কশিল্লমই। লাইবিক পাবদগী অর্মদি জ্ঞান লৈববা মীওইশিংগী ব্রাবী শাস্নবদগী মফমশং অদু উকবনা থোয়না ভাবতকী আথক অবস্থাবু ঐখোয়না খংবা ঙমখি। ঐখোয়গী হান্না লৈজবম্বা ব্রাখলগী ইহৌ অদ অমুক্লা হেন্না কনশিনহল্লমই লোযননা অচুম্বনি উৎলমই; মদুদগী তৌদুনা ঐখোযগী হান্না লেল্লম্বা পুন্সি মবেন, হান্না পাল্লম্বা যুম্বান কৈবান অদুদা অমুক হজ্জিননিংলমদে, অমমমবু ওইববসু ঐখোযগী ব্রাখল মতুংতানা হোংলকপসু যানা লৈবমই।

শেল্লমগী ফীবম, সমাজগী অবস্থা অমদি অতৈ হীবম মবম কয়াদা গান্ধিগী অবেপ্পা অপাম্বা কযা লৈবমই। মাগী অনিংবদু পাংথোক্লবা হোৎনবদা মহাক্লা নিংহন্নদ্রবসু, পাংথোক্লবা লৌখৎলকপা-চথবকপা লম্বেলদা কবি কবিগুম্বদা লম্ফাংলবসু, মহাকনা ইবদগী খংবা ঙমই, মসি পুম্নমক কঙ্গ্রেসতা অথোম্বনা থোমজিন্নবা, ইনশিন্নবা মহাক্লা হোৎনাখদে। তৌইগুম্বসুং খবতদি কঙ্গ্রেসবোমদা মহাকনা ইম্বোবকখি। মীপুম খুদিংমক মহাকনা লোয়ননা চৎমিন্নানিংবনা মহাক্লা শিংনা চেকশিন্না চৎলমই। কবি কবিগুম্বা মতমদা কঙ্গ্রেসকীদমক লাপ্পা থাপ্পা মহাক্লা চৎলমই অদুগা মহাক্কীত খুনাম খোঙ্গুল লিংনবমই। মহাক্লা নিংইবা পুম্ববু মীয়াম্না হেক্ত লৌবম্বা নত্তে যুম্ফম ওইবা ব্রাখলগী শক্তম মী কয়া'মনা যানিংলমদে। তৌইগুম্বসুং মতুংদা ওইবকপা ফীবমগা চান্নবকপনা অদুগুম্বা চান্নবকপা হোংদোক্লকপা অদুবু মীযামনা যানবমই, অসিগুম্বা

ফীবমদা মখোয়না কন্গ্রেস য়াওনবমই। মতাং অনিদা, মহাক্কী ব্রাখলগী হৌফম অদু, খজিক তৈনবমই অদুম্নদি ওইবগা অগুকপা শক্তি অমদি য়াওবমই; পোৎ খুদিংমক্কী অহানবা চাংয়েংনা মীয়ামদা, কয়াবু য়াম্না কান্নহনগনি, শৈহৌনা মতমলৈবখিবিক্তা মকনি, ব্রাখলনা লাম্বা ফংইবা পোলোয়না চুমইবমখে (চুমই হায়না খল্লিবমখে) শৈহৌবু অমদি থাবকইবা লিকলম্বু থৌশাদবা যাদে; মবমদি পোলোয় খুদিংমক শৈহৌগী মসি তাই শৈহৌনা খেৎনবা অদুক পোলোয়সু খেৎনৈ।

তশেংবদি, গান্ধি অসি ধর্ম্ম থাজবা মী অমদি মীওইবা অমা ওইবগী চেৎলবা থম্মোইনুংদা মহাক হিন্দু অমনি; অদুম্নদি ওইবগা ধর্ম্মগী মতাংদা মহাক্না পুবা মাগী ব্রাখলগা ধর্ম্মগী, অমত ওইবা থাজবা নত্রগা চৎনবী নত্রগা পুজা-নুংজাগী মবী লৈনবমদে। ১৯২৮ ইং, জনুব্রাবিদা পাংথোকখিবা ইন্টবনেশনেল ফেল্লোসিপকী ফেডবেসন্দা গান্ধিনা হাযবমই, 'মতম শাংনা লাইবিক লাইশু পাববা অমদি খংজিনবা য়াবা মখে খংনবা হোৎনববা মতুংদা ঐহাক্না অসুম্না লৌই, (১) ধর্ম্ম পূম্নমক চুমই, (২) ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মনুংদা অবানবা খব খবসু য়াওই, (৩) ঐহাক্না চৎচবিবা ঐহাক্কী হিন্দু ধর্ম্মগা চপ মান্নলা ঐহাক্না অতৈ ধর্ম্মশিংবুসু নুংশিজে। ঐগী ধর্ম্মবু ঐহাকনা ব্যবহাব তৌজবগুম্না, চপ মান্নলা, অতৈ ধর্ম্মবুসু ঐহাক্না ব্যবহাব তৌই। মসিনা মবম ওইদুনা, ঐগী ধর্ম্ম থাদোক্তুনা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমা লৌববদি ওইথোক্তবনি ---- --। অতৈগীদমক ঐখোয়না ঈশ্ববদা লৈশি তৈলথোন্দবা কর্দৌঙেদা ওইবোই; "ঈশ্বব! ঐঙোন্দা নহাক্না পীবীবগুম্না অতৈদসু জ্ঞানগী মঙান পীবীযু।" তৌইগুম্বসুং; "মখোযনা মতোন লোম্না চাওখচ্চনবা হোৎনর্বাদ দবকাব ওইবা জ্ঞানগী মঙান অমসুং অচুম্বদু মখোযদা পীর্নাবিয়ু।" অচুম্বা নত্রগা নুংশিনবগী ব্রায়েন পথাপনি হায়না মহাক্না লৌজবিবা, লমচৎ-শাজৎ শেম্বগী ব্রায়েন পথাপতা মহাক্না কয়া থাজজবগা, মানা চৎপা ধর্ম্মগী য়ুম্ফমগা মবী লৈনৈ। মাঙোন্দদি অচুম্বা অমসুং অহিংশা অসি অমতনি নত্রগা অমা অমসুং মান্নবা পোৎকী তোঙানবা শক্তমনি, ব্রাহৈশিং অসি ওন্ন ওন্ননা (হোং-হোংনা) মহাক্না শীজিয়ে। হিন্দু ধম্মগী অশেংবা শক্তম খংনবা মহাক্না হোৎনবকপদা, মশানা ওইফম থোকপা মহাক্কী ফীদম্নফম ওইবা অর্থগা মান্নদবা চান্দবা লাইর্বিক্কী শকক অমদা শাজেনবু, মশক শক্তম মাংহন্নবা হাপচিনবনি নত্রগা মতম্না মচু শংলকপ্না, পংহায হাযজিনর্বান হায়দুনা মহাক্না যাবমদে। মহাকনা হাযবমই, "ঐহাক্না ভাব তাবা ঙমদবা নত্রগা লমচৎ-শাজৎকী হৌফম যুম্ফসু ঐহাক্না ঙাকপা ঙমদবা, মতৌশাদগী লৈবকলবা নিতি নিযম অমদি, থবক থৌবমগী মীনায়মক্তি ঐহাক ওইনিংদে।" মবম অসিনা, ওইফম থোকই, হাযনা মহাকনা থাজজবা লমচৎ শাজৎ শেমগৎনবা পথাপ নিযমবু থৌওইদনা হুন্দোকলম্বা ব্রাখল তুংইন্না থবক অমসুং পুন্সিগী দর্শন খন্ন নৈনবা হেনগৎনবা, মশামক অচুম্বা মায়কৈদা চংশিন্নবা হোজিন্নবা, উপায় থিজিনবদা, মশামক নাইতোম তানা নিংতম্না চংশিল্লমই। মহাক্কী ব্রাখল অসি চুমই নত্রগা লাল্লি হাযনা খন্ন-নৈনবদি য়াই; অদুবু পোৎ খুদিংমক, মকওইনা মশামক, লেংলবোইদবা লমজেনা ওন্দুনা যেংনবা মহাক্না তকশিল্লমই। হিংনবগী হীবম কয়াদা তৌবগুম্না বাজর্নিতিদসু সাধাবন মী অমদদি মসি খজিক লুনা থোকলমই অমদি মতম অয়াম্বদা ভাব তাবা ঙম্নদে। তৌইগুম্বসুং মশানা খঙবা অচুম্বা লম্বীদগী খুদোংথীবা অব্রাবনা (জ্ঞান তাদবনা) খোংফম অমফাওবা লাপথোকহনবা ঙম্নমদে; অহোংবা নাযববসু মহাক্তি খোংচৎ খোংফম অদুগী মনুংদা কাযদনা মশামক চথবমই। মহাক্না হৌদোবকপা বিফোর্ম পুম্নমক অতৈদা মহাক্না পীবা পাওতাক পূম্নমক মহাক মশামক কাযদনা চৎলমই। মতম পুম্বদা মহাক মশামকনা শেৎচাবা হৌবমই, খুৎ মোজাদা খুৎ থিংজিনবগুম অমদি চপচাবগুম মহাক্না হায়বা ব্রাহৈ, তৌথোবকপা থবক পুম্নমক মীপুম খুদিংমক্না পাম্নবমই। মবম'সিনা যৈখাযবা কয়া থোক্তুনসু মাগী মপুংফাববা অচুম্ববু মহাকনা মাংহল্লমদে; মহাক্কী পুন্সি, হীংনবা লম্বী, মহাক্না তৌবা থবক্ত, মতম পুম্বদা মথব্রাই শুবমই। মহাক্না ঙম্নক্রবা (ফেল ওইবকলবা) ফাওবদা মহাক্কী শক্তম শকফম ইহোং হোংদবগুম উই।

মহাক্না নিংবা অমদি ওইহর্ননিংবা মতুংইন্না মহাক্না শেমগৎকে তৌবিবা, ভাবতকী মবমদা মহাক্না খল্লিবদো কবিনো? মখোযগী মবৈবাকনি হায়না লাইবগ্রবা মীশিংনা খল্লিবা, অমদি শেমগৎপদা মখোয়গীসু শকক য়াওবীবা, ভাবতকীদমক ঐহাক্না নোমগনি, মীথোয় মীহেনবা মী অমদি অতোনবা মী লৈতবা ভাবতকীদমক ঐহাক্না নোমগনি, মীপুম খুদিংমক মপুংফানা পুকচেল খোযজেন তিন্নলা লৈনবা ভাবতকীদমক ঐহাক্না নোমগনি --------। শোক্র-পন্নবা য়াদবা পাপ অমদি ময়াই কাবা পোৎ থকপা চাবগী পাপকী, ভাবত্তা, জাগা থমলোই -- - নিপাগা চপ মান্নলা নিপীগীসু ক্ষমতা লৈগনি -- । মসিনি ঐগী মঙগী ভাবত।' হিন্দুগী মচা মশুনি মহাক্না চাওথোকচবগা লোয়নলা পৃথিবী পুম্বগী শক্তম খুদিংমক হিন্দু ধর্ম্মদা উৎননবা

মহাক্না হোৎনরমই লোয়নননা অচুম্বগী ফীথুপ মনুংদা ধর্ম্ম পুম্না পুশিন্নবসু মহাক্না হোৎনবমই। কলচরগী থীথাং য়ৈনা চথরকইবা খোংচৎপু থৌওইদবা মহাক্না য়াবমদে। মহাক্না ইবমই, "ভাবতকী কলচর, মপুংওইনা হিন্দুগী, নত্রগা ইসলামগী নত্রগা অতৈ অমগী, নত্তে; মসি পুম্নমক্না পুন্সিল্লগা ওইবনি।" অসুম্নসু মহাক্না হায়রমই, "পুম্নমক্কী কলচব পুম্না, ওইজবা য়াবা মওংদা মনিংতম্না, ঐগী য়ুমগী অকোয়বদা লৈহন্নিংই। তৌইগুম্বসুং ঐগী খোংবু কন'মনা ককথৎপদি ঐহাক য়ানিংদে। লমহেনবা, য়ুমদাংবা, চাকনিবা অমদি মীনায অমা ওইনা মী অতৈগী ময়ুমদা লৈবদি ঐহাক যানিংদে।" হৌজিক মতমগী রাখলগী ইচেম্না ইথিন্দুনা মহাক্কী হৌবকফম্ব মহাক্না তুং ওইনবা কৈদৌনুংদা তৌবমদে; মদুদা (মাগী হৌবকফমদা) অখাংকন্নবা চু পায়বগুম পায়বমই।

মবম'সিনা, মী পুম্নমক্কী পুকচেন খোযজেন তিন্নবা, মীয়ামগী মথক্তা হায়না হুন্না, নোংচুপ হাবমগী মীতৌ তমদুনা লৈবিবা মীতম্বান খবগা মীয়ামগা অনিগী মবক্তা লৈবিবা পঞ্জাও থুগায়নবা, থায়নগী ওইবা মহৌশা লৈবম্না যুম্ফমদা লৈবম্না, হিংনবগী মচাক থিজিনদুনা মদুবু শেমগৎ-চাওখৎহন্নবা, অনম অহা চুববা মীয়াম্না মিৎকপ থোক্তুনা, মী অমা ওইর্নগী থৌদাং লৌনবা, মহাক্না থবক পায়খৎলমই। মীয়ামগী শকথং মাইশংনবা, মখোয়গা পুকচেন খোয়জেন তীন্নবা, ভারততদা নত্তুনা পৃথিবী পুম্বদা লৈবিবা লাইববনা পৎ-তৎলবা, মপোৎকী মপু ওইজবা ঙমদ্রবা, মীপুম্বগী অমত ওইবা রাখল খলহনবা, অসিনা, অনিশুদ্রবা লম্বীদা, তোম্ফাংলবা রাখলগা লোয়নননা, পূক্লিং হকচাং খুদুম চনখ্রবা, অনি লোংদ্রবা মাগী রাখল ওইবমই। নেৎশিন্দুনা থমখ্রবা মীশিংবু মকোক কাংখৎহন্নাবা, মহাক্না খনবা রাখলগী ঙমথংদা, অতৈ অতৈগুম্না মহাক্না ধর্ম্ম খুদিংবু লৌবমই (খল্লমই)। 'চবা নামত চাববা জাতিগী ধর্ম্ম, ফজবা, অমদি শেমগৎ-শাগৎপা, লৈবা ঙম্না হৌনদে।' 'ঐগী রাখলদদি, চবাহেল্লবা মী কোটি কয়াগী কান্নজবদু, অর্দুনি ফজবা হায়ববু।' 'হিংবদা চংদ্রবা য়াদ্রবা পোৎশিং অদু অহানবদা, ঙসি ঐখোযনা, পীসি, মদুতদা পুন্সিগী নুংঙাইবা, ফজবা, বাশি অমদি লৈতেং শোযদনা তুংইল্লকনি - - মী কোটি কয়াদা রা ঙাংবা ঙম্না অদুগুম্না মহৈ অমদি সাহিত্য ঐহাক্না পামই।' নুংঙাইবা ফংজদ্রবা, মপোৎকী মপু ওইবা ঙমজদ্রবা, মী কোটি কোটিনা মহাকপু চাগদৌবমই লোয়নননা পোৎ পুম্নমক্না মখোয়গী অকোয়বদা কোয়না কোয়না লৈ-লৈদুনা লৈবমই " মী কোটি কয়াদা মসিনা লেপ্পা লৈতনা মমিৎ পাংহল্লমই লোযননা লোয়বা নাইদ্রবা শান্তি পীবমই।" মহাক্না হাযবমই, "মিত্তগী শিন্থবকপা পী তৈথোকপনা মাগী নিংজবা আশানি।"

মশাবু থাজজবনা মপুংফাববা, খ্বাইগীগা মান্নদবা মখলগী তৌবা ঙম্না মপাঙ্গল লৈববা, মীপুম খুদিংমক্কী চপমান্নবা পুবক্কবা অমদি নিংতম্নবা লেপলিবা, খ্বাইগী লাইববশিংগীদমক্তা পুম্নমক অসিবু খল্লবা, অঙকপা ফংনা, মীয়মাগী কান্নবা থবক তৌববা নিপা অসিনা ভাবত্তা লৈবিবা মীয়াম্বু পুক্লিং হুত্তনবা অমদি য়োৎচাবীনা য়োৎকুপ চিংশিনবগুম্না মীয়াম্বু চিংশিল্লিবসি ঙক্লিংঙাই ওইদে। মীয়ামগীদমক মহাক্না হৌখ্রবসু লাক্কদবা ওইবক্কদবগা মবী লৈনহনবগুম তৌবি, তুংদা ওইবক্কদবা পুন্সি অমসুং আশা তম্না থাবা খোংগাফম কৈবাক্লুম হৌজিক্কী ওইবা ঙক্লবা শক্তম, মহাক্না শেমলি। মীযামদা নত্তুনা স্থান লৈববা অমদি মখল কযাগী অতৈ মীওইশিংগী রাখলদা ত ত্তনা অবাবা পোকহল্লবসু লোযননা মখোয়গী রাখল চম্মনহল্লবসু, হিংদুনা লৈবিঙে মতমদা মখোয়গী রাখল চম্মনহল্লবসু, হিংদুনা লৈবিঙে মতমদা মখোযগী লমচৎ-শাজত্তা মখোয়গী ফনবা নুংঙাইহন্নবগীদমক অহোংবা অমা পুবকইর্বসি থোযনা অকবা অমনি। মহাক্কী লুচিং মখাদা মাগী খোংলোয় ওইবিবাশিংগী মফমদতা নত্তনা মহাক্কী মায়োক য়াবিবা (মহাকপু য়ানিংদবশিং) অমদি খনগদবনা কবিনো তৌগদবনা কবিনো খনফম থোকত্রবা অমসু অমসু য়াওদ্রবা কাংবুগীদমক পাক চাওববা সাইকোলোজিগী লালহৌ অমা মহাক্না পুবকলি।

কঙ্গ্রেসপু মহাক্না খুদুম চল্লি; মসি তোপ তোপ্পা মখলগী খুদুম মচলনি, মবমদি, তোঙান তোঙানবা মতনা থল্লবা, অমা নত্রগা অমবোমদা লায়না লমজিংবা য়াদ্রবা, অকনবা থবক পায়খৎপা, লালহৌবনা মশিঞ্জাং ওইববা, মমায কযা লোংলবা সংস্থান্নি কঙ্গ্রেসতি। মীয়ামগী (কঙ্গ্রেসশিংগী) নিংবা থুংনবা, গান্ধিনা মহাক্কী ফীদম্বু তত্তনা ইচম চমহল্লি, কবিগুম্নদা তাইওন্নবা রাবেপ লৌই। মহাক মশাগী কান্নগদবা মকওইবা থবক্কী মতাংদা মহাক্না নিংঙাইদনা লৈথোকই; থৌদোক অমুক্তগী হেন্না তত্তনা মহাক্না কঙ্গ্রেসকী য়ানন্দবা থোকখি। ভাবতপু যোংত্লিং ফলাং চনশিন্দুনা মীনায় ওইহনগদবনি লাক্লবিবা যেক্রবা

কাংবুনা হায়বদা ইন্দ্রবা, খুৎথোক্লবিবা জাত্তি অমদি ভাবতকী নিংতম্নগী মহাক্লা, মতম পুম্নদা অপুনবা শক্তম অমা ওইরমই, অসিগুম্বা শক্তমনি মহাক্লা লৌরিবসি মদুদি হীবম কয়াদা মহাক্কা য়ানদ্রসু অদুগুমবা য়ানদ্রিবা মীওই পুম্নমক্লা মাহাকপু তৎন থানবা লৈতনা কোয়শিল্লমই, মহাক্কী লুচিং মখাদা চৎলমই। মতমপুম্নদা মকওইনা অকন্নবা মায়োক য়ান্দ্রবা মতমদা মখোয়দনা মশাগী লুচিং মখাদা লৈবমদে অদুবু খুৎথোক্লবা শোয়দ্রবা মতমদদি মহাক্কী শক্তম্না খাইদগী মকওইশিল্লকখি অতৈনা মশা (মশামবেং) ওইবমই।

অসুম্না শোক ১৯২০ দা নেশনেল কঙ্গ্রেস অমদি পাক চাওনা শিনবা থুংনা লৈবাক অসিনা, অনৌবা, কাননসু পুথোকখিদ্রিবা খোংজং অসি লৌখৎখি, বৃটিশকী কল্লবা শক্তিগা ঙহাক লৈতনা খৎনখি। নিয়মশিং অসিগী মখাদা অমদি নৌনা থোবকপা থৌদোক্কী মতুংইন্না লাঞ্জং অদু মশানা লাকচবমই; মসিগী হৌফম য়ুম্ফমদি, ভাবতবাসীশিংগী মবিংজেন মথৌনা হাপকৎলিবা মখোযগী চপয়ুংনা নিংলিবা অপাম্বদু নত্তনা বাজনিতিগী হৈ-শিংবা অমদি থৌশিন কবিমতা নত্তে; অসিগুম্বা মথৌনাতনা মখোয়না মখোয়গী নিংতম্বা ফংখি অমদি লেংদনা থম্বা ঙমখি। সিভিল ডিসওবিডিয়েন্ড (হায়বা ইন্দবগী) লাল্লোংনা, মথং মথং, অমগী মথংদা অমা লাকখি, হায়দোকপদা ব্রহৈতনা ব্রাৎলগদবা অব্রা-অনা কয়া থোকখি; তৌইগুম্বসুং থোর্কাপ্রবা অব্রা অনা অদু মশানা থোক্তবা য়াদদুনা থোকখিবা ঙাক্লী; নিংবা কাযবা, মাইথীবা পুবকপা, মশানা য়ানিংদবা কাংবুগী মকোক শাহলবা মখলগী অব্রা-অনা নত্তে; থোয়না হেন্না পাঙ্গল হাপচিল্লকপা অব্রা-অনানি। য়ানিংদবা মথৈসু অব্রাবদু নংখি, সবকাবগী ওৎ নৈবগী লাংনা কুপশিন্দুনা ফাখি; অদুগা য়ানিংবা (মশানা য়ানিংনা য়াওখিবা) কয়াসু করিগুম্বদা নিংবা কায়না হন্দোকখি য়াওখিদে। তৌইগুম্বসুং অয়াম্বনা চুম্না চত্থখি, খোংফম লেংনখিদে; মখোযনা ফংলকপা ব্রাখলগী মঙান থোয়না অহোইননা মবিক চুমলকখি। কবিগুম্বদসু মখোযগী মবাইবক লৈবক্লবা ফাওবদা, মখোযবু ওৎ-নৈবিবা শক্তি শীজিন্নবিবা কাংবুদা, কঙ্গ্রেসনা চংজখিদে; মীবৈবাক মচাগী শাসন (ব্রায়েন পথাপ্পু) য়াখিদে। মনিং মখা তম্ববু পাম্না ভাবতনা আশা তৌজবনা অব্রাবা খুদম ওইনা লৈখি; লোয়লম ওইনা লৈববু ভাবতকী অহনবা লৈতবা লিংজেন্না য়ানিংদনা মায়োক য়াখি। মশানা কবিমতা তৌজবা ঙমদবমথৈ ভারত মচানা শোন্দম নাদমলবসু নত্রগা লৈবিবা অবস্থানা ঙমহন্দ্রবসু মশীং লাকঙমদ্রবা ভাবত মচাশিংনা কঙ্গ্রেসপু নুংশিবকইবা অমদি কঙ্গ্রেসনা লুচিংবা পামলকইবসি মবম অসিননি। কঙ্গ্রেস অসি অতোপ্পা মওংগী পার্টি অমনি; অদুগা মসি অতৈ অতোপ্পা পার্টি কয়াগীসু শাইদাংফমনি; অদুগী মশীং লাকঙমদ্রবা ঐখোয়গী প্রজানা থম্মোই য়াওনা পামজববু মসিনা (কঙ্গ্রেসনা) ময়ামগী মহুৎ মবেং শন্দুনা পায়খৎখিবনা কঙ্গ্রেসনা মকওইনা অসুম্নমক ওইপ্রিবনি। মিং চনশিন্দুনা লৈবিবা মীশিংনা ফনমক যামদুনসু, পাকচাওনা মশিংলাকঙমদনা লৈবিবা মীয়ামগী পীক্লবা, শামলবা মমিত ওইনা লৈজবনি; মবমদি য়াওগে হায়না প্রজানা নিংজবতনা মেম্বব মশীং য়ামহনবা ঙম্বা নত্তে লাপত্রবা থাপত্রবা খুঙ্গং কয়া তান্না ঐখোয়না চৎলুবা ঙন্নবতদা মেম্বব মশীং য়ামগদবনি। (হৌজিক তৌবিবা অসিগুম্না) অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়না তৌবিবসি আইন্না য়াদবা সংস্থান ওইবি লোয়ননা আইনগী মিৎনা উনা খংনা লৈবা য়াবসু নত্তে; অদুগা ঐখোযগী চে-চাং সহি পুন্নমকসু পুলিসনা ঙম্না ফাগৎপ্রবনি।

সিভিল ডিসওবিডিয়েন্ট মশক খংদ্রিঙৈদা ফাওবা অন্দোলন তৌবক্লবনি লৈজফম থোকপা মকওইবা ফীবম তাদ্রফাওবদা ভাবত্তা লৈবা সরকাব, বৃটিশনা সবকাবদা কবিগুম্বা মখলগী মতেং পীদবা, (নন কোওপবেসন) সাধাণ ওইবা অন্দোলন অসি লেপ্তুনা চত্থবকলবনি। মসি হায় হাযদুনা সাহেবশিংদা মতেং পীদবমক্তি নত্তে। প্রদেশ কয়ামুক্তা কঙ্গ্রেস সবকাব লিংখৎলক্লবদা অফিস (অতৈ অফিস) অমসুং সবকাবগী থবক-থানা কয়াদা পাংফম থোকপা মতেং কয়া পাংনবকখি। অদুম ওইনমক মদুগী মতুংফাওবদা হান্নগী হৌফম য়ুম্ফম ;অদুমক্তি থোয়না হোংলক্ত্রি; অফিসকী তৌফম থোকপা মথৌ নত্তনা কঙ্গ্রেস য়াওবিবা মীওইশিংগী লমচৎ-শাজৎ চুমথোক্লবা পাওত্তাক কয়া থোকখি। মত খবগীদমক য়ানবা অমসুং চুমশিন্নবনা, তৌদবা য়াদবা থবক ওইববসু, ভাবত জাত্তিগা বৃটিশকী মাইকৈদা লৈবশিংগা অনিগী মবক্তা মপুং ফাবা শান্তি থম্বা ঙন্নমদে। মান্নবা থাক্তমক নিংতন্নবা ভাবতনা ইংলগুগা খুৎশম্নদুনা চৎমিন্নবা ঙমখি।

# নিপানশুবা পন্দুপ

## অহুমশুবা তাংকক

## প্রদেশশিংদা কঙ্গ্রেসকী শাসন

চহি কয়া চুপ্পা কমিসন্না, কমিটিনা খন্ননৈনববা মতুংদা বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টনা গর্ভণমেন্ট ওফ ইণ্ডিয়া এক্ট, ১৯৩৫ পাস তৌখি। প্রদেশকী নিংতম্বা মখল লোযননা ফেডেরেনগী শক্তম অমা এক্ট অসিনা পীবমই, তৌই গুম্বসুং অথিংবা অমদি অখাকপা কয়া অমসু লৈবমই, রাজনিতি অমসুং শেম্মুমগী ৱৌবা ওন্না শক্তি মখৈদি বৃটিশ সরকারগী মখুত্তা মপুংওইনা লৈবমই। তশেংনমক মরমখবদা, সরকার অদুনা মকওইনা দাযী লৌববা, থবক পাংথোকনবগী পাঙ্গল শক্তি, এক্ট অদুনা চাওথোকহনখি লোয়ননা লেপখি। অশেংবা, হায়া তৌফম থোকপসু ওহ্হোকপা য়াদনবা নিংতম্বগী শক্তমবু শেমখি, বৃটিশনা মচু শংলবা শাসনগী শক্তম্বু শেমদোকপদা নত্রগা মদুদা খুৎ থিংজিন্নবা ভারতবাসিগী মীহুৎশিংগীদমক্তদি অতোবা অমতা থমলমদে। অদুগা এক্ট অসিগী শকক খবা অহোংবা নত্রগা কোমথোকহনবা তাববদি, মতাং অদু বৃটিশ পার্লিয়ামেন্ট যৌগদবনি। মরম অসিনা, শেমইবসিগী মাযোক্তা থবক পায়খৎপা তাবনা অমদি মশা মতোমতা চাওখৎচনবগী মরু হুনবীদবনা, মখল কযাগী লালহৌবগী থবক পায়খৎপা, রাৎলি হাযবা তাকই। বৃটিশ সরকারগা, ভারত্তা লৈবা নিংথৌমচা, জামিদারবি অমসুং পেন্দবা কযাগগী মরক্তা লৈনবা মবীবু এক্ট অদুনা কনখৎহল্লমই, মসিনা তোঙান তোঙানবা ইলেক্টোরেট য়ামখৎহল্লমই মদু। মরম ওইদুনা তোখাই তোখাই তাহন্নবগী, ইরাং অমা পোকহল্লমই, বৃটিশকী লল্লোন ইতিক, কল কারখানা, বেঙ্কীং অমসুং জহাজগী থবক্লচিংবা মকওইবা থবকপু থোযনা হেল্লা কনশলহল্লমই লোয়ননা অসিগুম্বা থবক্কী মাযোক্তা থবক চত্থবকপবু এক্ট অসিনা অথিংবা পীবমই-মাযোক্তা লৌখৎলকপা থবকপু মরান লংশিনবনি হাযনা লৌবমই, "ভারতকী শেম্মুম, লাম্নী অমদি মান লৈবাকশিংগা লৈনবা মরী পুম্নমক বৃটিশকী মখুত্তা এক্ট অসিনা চেংনা পায়শিলহল্লমই; ভাইসরোযদা, হায়া লৈজরম্বদগী হেয়া এক্ট অসিনা মপাঙ্গল পীশিল্লমই।

প্রোভিন্সিয়েল ওটোনোমিগী অককনবা শকক খরতদা, ওথোরিটি (শাসন শক্তি) হোংদোক হোংজিন তৌবগী লম চাওনা (থনমই) হাপ্পম্বগুম তৌই। অদুগীসু মথক্তা, মীযাম্না যাদুনা শেম্বা, সরকার শেম্নবগী মতাংসু, অখন্নবা ওইনা থনমই। লৈবাক রায়েনবগী থবক্তা অথিংবা মতাং কয়া থনমই; সেন্ট্রেল গর্ভণমেন্টনা পুম্নমক্কী দাযি লৌবমদে। ভাইসরোযগা মাননা প্রোভিন্সকী ভর্গণরনা মহাক মশামক্কী ওইনা লৈজবা শক্তি মপাঙ্গলবু মরকথৎপা, ককথৎপা শেমদোক শেমজিং। তৌবা ঙমহল্লমই; প্রোভিন্সকী লেজিসলেচরদা মীয়াম্না য়ানা খনবা মন্ত্রীশিংগী মথৌদা মযোকনবা মহাক্তা নিংবা মতুংইন্না মনিংতম্না তৌনিংবতা তৌই। খাজানদগী কাবকপা শেন অয়াম্বা তোঙান তোঙানবা নিযম মখাদা শেন্দোই কাবক্লবা পুথোকই; অসুম্না (প্রজাগী শেন) মফমচানা শীজিন্নবীদে। মকোক থোংবা ফম্নাইবা অমসুং পুলিসপু কনখত্তুনা থনমই, মখোয়গী মথক্তা মন্ত্রীশিংনা খুৎ থাবা য়াহনলমদে। মহৌশাগী হৌনা, য়েংবতদা অচৌবা শক্তি পায়বা মানবত নত্তনা, মখোযবু তৌবা ঙম্বা শক্তি পায়বা, ওইহল্লমই; লমজিংনবগী শক্তি পুম্বা গর্ভণবগী মখুত্তা, শীন্নরমই, মন্ত্রিগী মখুত্তা থল্লমদে। অদুগা মীযামগী ওইবা সরকার (পোপুলার গভর্ণমেন্ট)চলায়গদবা মীনা, মন্ত্রীশিংনা ওইবমই। চযেৎখোযেৎনববা, সরকারগী ওইনা তৌফম থোকপা থবক পুম্নমক মহৌশাদগী চত্থবকপনা ইকাই কায়দনা গর্ভণবদগীনা পীকলবা অফিসারগী অমদি পুলিসকী মখুত্তা লৈবমই; অদুগা ফরক তানা, কবিগুম্না মফমদা, প্রজানা যানা খল্লবা, দাযী পুফম থোকপা মন্ত্রীশিংদা মখোয়না ঙম্বা মখৈ তৌনবা থবক পীশিল্লমই। বৃটিশ সরকারগী মীহুৎ ওইবিবা গর্ভণর অমদি মাগী মখাদা থবক তৌবশিংনা যাববা লোয়ননা মপুংফানা মন্ত্রীশিংগা খুৎলোয়ননা মতেং পীনববদি লৈবাক ঙাকপগী থবক পুম্না ইংনা নিংথিনা পাংথোকপা যাবম্বনি নত্রবদি, প্রজানা, যাবা

সরকারগী পোলিসি অমদি নিয়ম্না, মহৌশা লৈরন্বা, মখুত্তা শাসনগী শক্তি পুমবা পায়শিনবা অমদি পুলিসতনা শাসন তৌবা মতৌগী খেৎনবগুম্না, মহৌশাদৌনা, খেৎনবসি লেংদনা অদুম লৈবা মশানা তাবনি। গর্ভণর অমসুং মখাদা থবক তৌবা কর্ম্মচারিশিংনা প্রজা শাসনগী পোলিসিগা করিমতা খেৎনবা লৈত্রবা নত্রগা গর্ভণর অমসুং মাগী কর্ম্মচারিশিংনা প্রজা-শাসনগী পোলিসিবু গুকত্রবা নত্রবদি প্রজা-শাসনগী মতুংইন্না তৌবা অমদি তৌনিংবা থবক্তা বৃটিশ সরকারগী মীহুৎশিংনা য়ৈখাইরমই, থুনা পাংথোক্তনা-য়ৈথনবা লাক্লবমই; ওন্থাং ওনশিন তৌনবা অমদি পাংথোকপা ঙমদনবা লাক্লরমই। মতম অদুগী আইনগী মতুংইননা গর্ভণর অমসুং ভাইসরোইনা তৌনিংবা তৌবদা অথিংবা অমতা থনমদে মদুদগী হেন্দোক্তুনা মন্ত্রীশিংনা অমদি আইন শেম্বা এসেমব্লিনা তৌবা থবক্তা ফৈগাক ফৈনা মায়োক য়ানা থিংনবগী অধিকার লৈরমই। মখোয়না মরুওইনা খাংবা হায়ববু খৎনরক্কদ্রা হায়না অকীবা ফাওবদু মঙাই। মন্ত্রীশিং ফম থাদোকপা য়ারমই; লোজিসলেচরগী য়ামবা মীশিংবু কনা'মতনা হুকুম তৌবা ঙম্লমদে; মীশিং অয়াম্বনা য়াবদু অদুম চৎনবা তারমই। অঁতে লৈবাক কয়াদা থোক্লকইবা লালহৌবা অমদি নিংথৌবু য়ানবক্তবসি, মনিং-তৌবা নিংথৌগা পার্লিয়ামেন্টকা অনিগী মরক্তা লিরবা সংবিধানগী মতাংদা য়েৎনবা, মত মান্নদবা লাকপদগীনি। মতাং অসিদা, নিংথৌনা অঁতে লৈবাক্তা মরী লৈনবনা, নিংথৌবু মপান লৈবাক্তী লাম্গীনা অমদি লম্থুম্না শৌগৎলমই লোয়ননা মশাগী তোপ-তোপ্পা পামজবা কান্নজবা অমদি কাংবু খবনা নিংথৌবু, অচানবা হুইনাওগুম য়োকখৎতুনা মশাগী কান্নবা য়েংবা, লৈবাক অসিদা য়াওদবা নত্তে।

মতম'সি ফাওবদা ভারত্তগী বক্ষাদেশ তোঙান্না (লৈরমই) তারমই শেম্থুম অমসুং লম্লোনইতিক্কী ওইজবা থিনবদা ব্রহ্মাদা সাহেবকা ভারতমচাগা চিনাগাফালবা খৎনরমই, নুংঙাইনরমদে। মরম'সিনা ভাবমচাশিং অমদি চিনাশিংগী থম্মোই শোক্লা মখোয়বু য়াদনবা বর্ম্মাগী মীশিংদা ইনশনবনা বৃটিশকী পোলিসি ওইরমই। পোলিসি অসি মতম খবদি মখোয়দা কান্নরমই; অদুবু ব্রহ্মাগী মনিংমখা তম্বাবু বৃটিশনা য়ানিংদবা হৌরকপনা মসিনা মবম ওইদুনা জাপানগী মৃভমেন্ট মাংওইননা ব্রহ্মাদা অকনবা অন্দোললোন হৌরকখি; ১৯৪২ দা জাপান্না লান্দারকপা মতমদা ব্রহ্মাদা লৈবা মীশিংনা তৌবা অন্দোলোন অমদি বৃটিশ সবকারবু য়ানিংদবদু মপান থোরকখি।

ভারত্তা লৈবা কাংলুপ খুদিংনা, মচিন্নথোক্লা, ১৯৩৫ গী এক্টপু য়াম্না তাথিনা মায়োক য়াখি। মতম'দুদা, প্রোভিন্সিয়েল ওটোনোমিগী মতাংদা ইবা (এক্টকী) শরুকপু য়ানিংদবা উৎনা য়াম্না শাথিনা মরৈ যেৎনরকখি; মরমদি, মদুদা কর্নশিন্দুনা থম্বা শরুক কয়া য়াওরমই, গর্ভণবশিংদা অমদি ভাইসরোইদা শক্তি কয়া পীশিল্লমই; মখোয়না পীবা নিংতম্বগী মপী'দুবুনা অমুক্তা হেন্না য়ানিংলমদে। ফেডবেসন অদুমকপু য়ানিংদবদি নৎলমদে; মরমদি ভাবতকীদমক্তদি ফেডরেল স্ট্রকচববু (নিংতম্বগী - প্রজাগী শাসনগী মওংবু) পাম্না আশা তৌনবনা মীয়াম প্রজানা য়ানরবনি। য়ানবকইবা ফেডবেসন্না বৃটিশকী শাসনবু মরাফুক্লা চৎনহল্লমদে অদুগা হায়রিবা ফেডরেসন অসিমক ভারতকীদি মশানা ফংফমথোকলবা ফেডরেসন্নি। প্রোভিন্সিয়েল ওটোনোমিবু, এক্ট অসিগী শরুক অমা ওইনা হাপখি, ইলেক্সনশিংদা (মীরেপশিংদা) কঙ্গ্রেসনা য়াওগনি (মীরেপ থাগৎকনি) হায়না ৱারেপ লৌখি। প্রোভিন্স পুম্নমক্তা তৌবা ইলেক্সনশিংদা কঙ্গ্রেসনা অঙকপা ফংনা মমাইপাকখি; অদুবু, মন্ত্রীগী থৌরম থৌশিন্দা গর্ভণর নত্রগা ভাইসরোয়না মখুৎ থিংজিনগনি থিংজিল্লোয় হায়বদু ময়েক শেংনা শেংদোক্তবদি মন্ত্রীশিংগী দায়ী ওইবা থবক লৌবদা চিংনবা পোক্লখি। থা খরগী মতুংদা, খন্নবিবা অসিগী মতাংদা ময়েক মশোন শেংদবা অয়াবা পীরকখি, ১৯৩৭ কী জুলাই থাদা কঙ্গ্রেস সবকাব লৈবা হৌখি। মমৈথংদা প্রোভিন্স তবামাথোইগী মনুংদা নিপাল খক্তা অসিগুম্বা সরকার লৈবা হৌখি; লৈহৌরিবা অহুম অদুদি সিন্ধ, বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবনি। বেঙ্গলদা লৈবা এসেমব্লিদা কঙ্গ্রেসনা মশীং য়াম্বা অমতা ওইবা পার্টি ওইবমই; অদুবু মেজোরিটি ওইদবনা সরকার পায়বদি ঙমখিদে। বেঙ্গলনা (হায়বদি কলিকতানা) ভারত্তা লৈবা বৃটিশকী সহবশিংগী মকোক ওইবনা ইউরোপতগী লাকপা লম্লোনবগী মীওই (মীহুৎ) অঙকপা ফংনা লৈবমই। মীশিংদা য়েংলবদি মখোয় খরতনি (লিশিং খরতনি) অদুবু প্রোভিন্স অসিদা লৈরিবা মুসলমান নত্তবা মীগী মীশিং চাওরাক্লা কোটি তরাতবেৎ (সেদুল কাষ্ট য়াওদব) অসিগী মহুৎশিন্না লৈরিবা ফম (সিট) য়াম্থে-চাংদমনবদা মখোয়দা (লম্লোম্দুনা লৈবা মী অসিদা) ফম (সিট) কুম্মঙা পীশিল্লমই। লেজিসলেচরদা, য়াওরিবা বৃটিশ কাংবুনা অসুম তৌদুনা বেঙ্গলগী পোলিটিক্সতা মরুওইবা শরুক পাযশিনখি লোয়ননা মন্ত্রীগী ফম শেমগে শেমলোয় হায়বা মখোয়গী মখুত্তা লৈরমই।

**১৯৩৫ গী এক্ট কঙ্গ্রেসনা লৌবা ঙম্লমদে; অসিদি লায়বদুনা ভারতকী ওইবা যৌদাংগী মতম খরগী ওইবা থবক পায়খৎপা ফাওবা ঙম্লমদে। অদুম ওইনমক, প্রোভিন্সিয়েল ওটোনোমি চৎহল্লবা কঙ্গ্রেস মেজোরিটিনা রাবেপ লৌবমই। অসুম তৌবনা মবম ওইদুনা দুয়েল (অনিথোকপা) পোলিসি থোবকখিঃ- নিং-খা-তম্মবা লাঞ্জংবা অমসুং শেমগৎ-শাগৎপগীদমক লৌখৎপা য়াবা রিফোর্ম লেজিসলেটবদা লৌখৎপা। লৌউ-শিংউবগী মতাংদা ঙাংলবা য়াবা রাহংনা মকওইনা, খুদক্তা ময়ামগী পুক্লিং চিংশিনখি।**

কঙ্গ্রেসনা তশেংনা মেজোৰিটি ওইবনা অতৈ পার্টিনা পুনশিন্দুনা সবকাব শেম্নগী দবকাব ওইদ্রবসু সবকাব শেম্না পায়বা ঙম্মবা অতৈ কাংবুগা চুংশিন্নদুনা চুংশিন্নবা সবকাব শেম্নগী মতাংদা খন্ন-নৈনবা হৌখি। ময়াম্না পাম্না সবকাব শেম্নবগীদমক হেক য়াবিবমখৈ মী ময়াম অমতা ওইনা পুনশিনবা পাম্নবমই। মতম পুম্নদা, কাংবু কয়া চুংশিন্নবনা হান্নদগী চৎনবকপা অকাযবা অবানবা করিমতা লৈবমদে, অদুবু আসাম অমদি নোংপোক ঙমখৈদা লৈবিবা প্রোভিন্সশিংগীদমক্তাদ মওং অমগী চুংশিন্নবা শেম্না য়ান্নখি। তশেংবমকসু, ভাবতকী নিংতম্নবগীদমক হায়বদি নিং তম্না লৈবাক ঙাকচনবা কন্য তকশিন্নবগীদমক তোঙান তোঙানবা ফুকপ কয়ামকম চেৎনা পুনশিন্দুনা কঙ্গ্রেস অসি ওইখিবনি। শক্তম অমগী মখাদা ফুরুপ কয়ামকম তিনশিন্নববসু থর্কাস খাসি ঙাকপা সামাজগী অমা ওইবা মিৎয়েং শক্তম ঙাকপা, ওইফম গোকপা শান্তিগী লমদা অন্দোলান তৌবা ঙম্বা শক্তি পাঙ্গল লৈনবা লাক্লখি। বাজনিতিগী ফিদম অমদি সমাজগী শক্তম তোঙান তোঙান্না লৈজবা কাংবু কয়া, অফিসকী থবক তৌনিংবা, মন্ত্রী ওইনিংবা মীওই কাংবু কয়া, পুন্না পুনশিনবনা পাকচাওনা চুংশিন্নবনি ওইবিবনি। ভাইসবোয়, গভর্ণব, মকোক ওইবা অফিসাব, হাযবদি বৃটিশকী কান্নবতা য়েংবা মখোয়গী মীহুৎশিংগা য়ান্নবক্তবা, লৌউ শিংউবগী মতাংদা অমদি থবক শু নোম্নগী মবমদা লম অমসুং কলকাবখানা পায়শিনবা হক্তা পামশিনবা মীওইবা য়ান্নবক্তবা, অসিনাচিংবা মফম মতম মতুংইন্না যান্নবক্তবা হাযবসি মহৌশানা মশানা তাবনি। কঙ্গ্রেসপু পামদবা, কঙ্গ্রেস ওইনিংদবা কাংবুদি বাজনিতি অমদি সমাজদা মশাগী ওইজবা তাল্লমই অদুগা মখোয খবদি সাহেবকী কর্ম্মচাবী ওইবা তশেংনা পাল্লমই। অসিগুম্বা রাখলনা মচু শংলবা কাংবুনা সবকাব শেম্নদা য়াওববদি, সমাজগীদমক তৌফম থোকপা থবকপু মখোয়না যৌশাবোই নত্রগা য়ৈখাযনবা অমদি থিম্বহন্নবা মখোয়না ঙম্ব-মখৈ লাক্লবক্কনি। অতৈ মন্ত্রীশিংগী মকোক ওইবশিংগী মথক্তা গর্ভণবনা লান্না ফত্ত বাতান্নবক্কনি। বৃটিশ অঙম্বশিংগী মাযোক্তা পুন্না লেপ্তুনা য়াদবনি। মসিদা কবিগুম্বা য়ানদবা, খায়বুং তাবা থোক্লবদি, ঐখোয়না পায়খৎকদবা থবক্তা মদুনা অকায়বা পীগনি, পুম্নমক্তা মাংহনগনি। পুম্নমকপু অমতা ওইনা ফাজিনবা ঙমলোয়, অমতা ওইনা মীয়াম যানহনবা ঙমলোয, মীযামগী অপুনবা অপাম্বা থমবা ঙমলোয়, তোখায় তানববা মন্ত্রীশিংনা তোঙান তোঙানবা রাখল খন্নবক্কনি, মানা মানা থোকপা তৌনবক্কনি।

বাজনিতিরালা হায়না কৌনবিবা কাংবু অমদি মসি নত্তবা অফবা অমসুং ফত্তবা মওংদা খ্বাইনা হায়নাবিবা অথোয অহেন তানখৎলিবা মী মখল পুম্নমক পুন্সিল্লগা হৌজিক লৈবিবা প্রজা ময়াম ওইবিবনি। তৌবঙম্বা, থরায় য়াওবা অমসুং মবৈবাকনিংবা নিপা নিপী অমদি নুংঙাই যাইফবা তানখৎপা মীওই কয়া, কঙ্গ্রেস অমসুং অতৈ সংস্থান্দা যাওবমই। ১৯২০ দগী হৌনা সংবিধানগী মখাপোনবা বার্জনিতি দল অমদগী হেন্না চেৎশিন্না কঙ্গ্রেস লৈবকইবনি; চপচাবা, শক্তি লৈবা অন্দোলানগী ইহৌনা কঙ্গ্রেসসু কুপশিনখিবনা পার্টি অসি আইংগী চৈখন হেক হেক লংথোক্লমই। কঙ্গ্রেসনা পায়খৎলকপা থবক্তা খুৎথোক্লবা-য়ৈনশুনবা, লোন্না ফত্তৱাতান্নবা, ফত্তবা শবৌ শিনবা অমদি লালহৌবগা মবী লৈনবা কবিগুম্বা মখলগী শকক য়াওদে হায়বা অশেংবা রাফম্না, কঙ্গ্রেসনা তৌবা পায়খৎলকপা থবক্তি বাজবিদ্রোহি লালহৌনা নত্তে হাযবা শেংনা, তাক্লি। চুম্নবসু লাল্লবসু নত্রগা কান্নববসু কান্নদ্রবসু মসি য়েৎনবা য়াবা রাফম ওইবা য়াই অদুম্নদি ওইবগা কঙ্গ্রেসকী থর্বাক্ত রাখল ইংনা, থৌনা ফনা অমসুং পন্দোল লোম্না খম্বদুনা থাংবা কম্না চখবা ঙাক্লি। নোংমা নোংমগী, থা থাগী অমদি চহি চহিগী ওইনা হিংনবগী লমদা চখবা অর্মদি পুন্সিদা ফংফম থোকপা পুম্নমক, নমদুনা থাদোকহন্নিংবা রাখল পোকহন্দুনা থাদোকপদগী, ঙহাক্কী ওইনা, রাখল তৌদনা খুৎথোক্লহন্দুনা শিবা নাবা ফাওবা য়াওনহনবনা থোয়না হেন্না লায়না থোকই। মসি, কনা'মতনা মফম খুদিংদা হিংবা ঙম্মবোইদবা চাংয়েংনি; অদুমকপু ভাবত্তা লৈবিবা অসুক য়াম্না মীশিংনা মমাই পাক্লা মসিপুম্নমকপু খাংদুনা লৈবকইবা অসিমক, অঙকপা অমনি।

করিগুম্বা অৱাবা থৌদোক অমনা লৌমী-শিন্মী প্রজা পুম্নমক মকোক ঙাওহন্দ্রিঙেদা মখোয়গী ফনবা-কান্নবগীদমক্তা আইন কয়া শেমহৌনবা আইন শেম্বা মতমদা, কঙ্গ্রেস পার্টিনা লাংতক্নখি। থরাক থরাক য়াম্দুনা খুদোং থীবা থোক্কদৌরে হায়না মতম পুম্বদা খন্দুনতা লৈনরমই; থবক থৌওংনসু মদু মথং মথং থোকলক্কদৌবা ওইনা তৌরমই। প্রোভিন্স অয়াম্বদা মী খরতনা খনবা অনিশুবা চেম্বর অমমম লৈরমই; লৈবাক্কী অমদি শিনফমগী মশানা লৈজবা খুদোংচাবা কান্নবসু চেম্বরনা মহুৎশিন্না ঙাক্লমই। আইন শেম্বদা খুমাং চাওশিনহন্দনবা অথিংবা কয়া'মসু লৈরমই। চুংশিন্নবা সরকারনা খুদোংথীববু মরোন নাইনা মথং মথং হাপচিল্লমই; অসিগুম্বা খুদোংথীবা অসি থোকহন্দনবা ৱারেপ কয়া লৌরমই অদুম্নদি ওইরগা আসাম অমদি ঙমখৈদা লৈবা লৈবাকশিংগীদমক্তদি নত্তে।

খন্নদুনা তাবা ৱারেপ অদুমক থোকপা অমা তৌদুনা অরেপ্পা ওইহনলমদে; হোংদোক হোংজিন তৌবা য়ানবগী ৱাখলদি পোকহল্লমই; অদুগা য়াম্না থুনা চংশিল্লকপা ফীবমগী চাওখৎ খোংথাংদা অহোংবা পুরকপদা নুপা থোক্লমই; অসুম তৌদুনা, য়াম্না থুনা য়ানবা অমা পুরকফম থোকপা থৌদোক কয়াগী মতাংদা কঙ্গ্রেস সরকার মকোক শানরমই। মথং চহি কয়াদা, খন্নপ্রবা ৱারেপকী অচুম্বা হৈশিংবগী মতাংদা মরৈ কয়া তৌনখি লোয়নননা মতসু অমগা অমগা খেৎনরমই। থৌদোক থোকপ্রবা তুংদা অহৈ-শিংনবা শাবদি ইরাই লাইবনি, তৌইগুম্বসুং রাজনিতিগী থোংদা মদু ঐহাক খন্দবা ঙমদে অদুগা মদুগীদমকপু ঐখোয় লৈরিবসি; ঐখোয়দদি মদু মহৌশাগী ওইবা মরম চারবা ৱারেপনি। অদুম অদুম ওইনমক, মীয়াম প্রজাগী ওইবা মদুদগী থোরকপা মহৈ অদুদি য়াম্না লাইবক থীনিংঙাইনি; মুসলমানশিংবু মদুনা নুংঙাইতবা তোঙান তাবগী ৱাকল পোকহনখি। মসি য়েংথিনবা কাংবুগী মখুত্তা তাখি লোয়নননা তোঙান তোঙানবা কাংবুগী মরক্তা মখোয়গী ফীবম থোয়না হেন্না চেৎশনহন্নবা মখোয়না শীজিন্নখি।

রাজনিতি অমসুং সংবিধানগী মতাংদা, অনৌবা এক্ট অমসুং প্রদেশশিংদা কঙ্গ্রেস সরকার শেমগৎলকপা মশামক বৃটিশকী সরকার মশেমগা মরুওইবা খেৎনবা অমতা লৈরমদে। মতম কুইনা লৈরকইবা মফমদা লেংদনা হোংদনা অশেংবা শক্তি কায়দনা লৈখি। অদুম্নদি ওইরগা সাইকোলোজিগী ওইবা অহোংবদি মশীং লাকঙমদে লোয়নননা খুঙ্গংগী লমদদি ইলেক্ট্রিকনা শিনবা থুংনা করেন্ট ফাওহনবগুম শন্দোকখি। কলকারখানা কুংনা লৈবা মরুওইবা মফমশিংদা থবক শুবা শিন্মীশিংনা চপ চানা খংলবসু অহোংবা'সি, সহরদা খংন-উনবদগী লৱাই লমদমদনা হেন্না ময়েক লানা শেংনা উনখি। মীয়াম প্রজাবু ওৎ-নৈরম্বা অদু লুম্নবা কোকথোং লৌথোক্তুনা খংয়াং য়াংহনবগুমলে নিংথিনা কোকহন্নবগী ৱাখল পোক্লরকখি, মফম খুদিং শিনবা থুংনা, মতমশাংনা নমশিন্দুনা থমলুরবা কল্লবা পাঙ্গল-শক্তি অদু লৌথোকখি। পুলিস অমসুং অরোনবা পাও পীবা পাওমীগী মথৌনা মখোয়না কাইরম্বা মতম খরতগী ওইরবসু মাংখি লোয়নননা পৎ-তৎনা লায়রপ্রবা লৌমীনা মশাগী সম্মান অমসুং মশাগী থাজজবা ৱাখল পোকখি। ইহান হানবদদি লৌমীশিংনা থাজনখিবনা মখোয়বু থৌওইদবা কাওশিন্নবা য়ারোই হায়না মখোয়না খঞ্জরমই। হেক য়ারিবমখৈ মখোয়গী (প্রজাগী) ঈ চুপ্পদা, মখোয়নদি করিসু তৌবা ঙমজরুদবা, মনাক ফাওবা, লায়না কোম্না নকশিঞ্জরুবা ঙম্নুদ্রবা অদুগুম্বা আফিসারশিংগী মশীং লাকঙমদ্রবা মরোন কয়ানা কুপশিন্ননা মখোয়দগী (প্রজাগী) তোঙান তানা লৈপ্রবা সরকার অদু, মতম শাংনা, মশক (খংদ্রবা) লোৎপা, খাম্নবা য়াদ্রবা তমথীরবা হিংচাবা ওইনা লৈবা য়ারক্রে। মতম চুপ্পদা মখোয়গী (প্রজাশিংগা) মশক উনবা, ঙাংবা শকপা তানরবা, ৱারী শানরবা মীওইশিংনা, চাওবনা কোনবা থুংলমদ্রবা কাংবুগী ফমশিংদু পায়খি; করিগুম্বদা মখোয় অদু (কোনবা থুংলমদ্রবা অচৌবশিং অদু) পুননা ফাদোক তাখি, মতম অদু য়ৌরবতদা প্রজাগা মরূপ মপাং ওইবগী ৱাখল মখোয়দা পোকখি।

প্রোভিন্সকী ওইবা সরকারগী মরুওইবা মফমশিংদা, অমদি কোনবা থুংদ্রবা অঙম-অথৌনা ফমলম্বা লানবনশিংদা, অরাবা অদুম ওইনা লৈহৌগদবা, দৃশ কয়া উনখি। মখোয়না মিংথোক্তবা প্রোভিন্সকী সেক্রেটরিয়েৎশিংদা, কোনবা থুংদ্রবা অফিসারশিংনা পুন্না পুন্না ফমলমই ; মফমশিং অদু সরকারগী অশেংবগী মরক্তা খ্বাইদগী শেংলবা মফম ওইনা লৌরমই; মফম অদুদগী কনামতানা মুক্পা য়েৎপা (ঙমদ্রবা) য়াদবা অঙকপা হুকুম কয়া থোক্লকখি। পুলিস অমসুং ফলালি ফুরিৎ অচোনবা লিংপা, মখ্বাংদা অরংবা থাং মচা য়েপ্পা ওর্ডারশিংনা অশংবা অফিসকী মাঙ্গোল ঙাক-শেন্দুনা লৈরমই; মরাইবক ফবা মীওই,

থৌনা ফবা অগুম-অথৌ অমদি অচোনবা শেনগাও পায়বা মীওইতনা মখোয়বু লাম্বোক্তুনা অফিস মনুংদা চংবা ঙমলমই। হৌজিক্তি, লাম্বাই থম্বাই সহরদগী লাকপা মীশিংনা হৌন-হৌনদুনা শেংলবা অফিস অদুগী মাঙ্গোল অকোইবদা অমদি অফিস মনুংদা চৎপা চংবা মনিংতম্না ঙম্লে। থবক খুদিংদা মখোয় নুংঙাইবা পোক্লে; সেসন ফমইবা এসেমব্লি কাজাওদা মখোয়না চংলে; মন্ত্রীশিংনা ফমইবা কাশিংদা মখোয়না মুন্না মুনা য়েংজরে। মখোয়বু মখোয় মশানা মীতোপনি খঞ্জদবনা, মখোয়বু থিংবদা লুনা থোক্লে; মসিপুম্বা.মখোয়দা চরাংনরবসু লোয়ননা মখোয়না ভাব তাবা ৱাৎলবসু মখোয় পুন্নমক্লা মপূ ওইরবগী ৱাখল পোকখি। পুলিসকী মীওই অমদি অরংবা থাংশাং য়েপ্লম্বা ওর্ডরলিশিং মহি ময়াই চমগ্রে; হান্না খল্লম্বা ৱাখল মাংনগ্রে; সাহেবকী ফীজোন মখোয়গী ফম অমসুং শক্তি শিংথানবা তোকগ্রে। মশীং লাকঙমদনা লাকলিবা সহরগী মী, খুঙ্গাগী মী অমদি আইন শেমইবা মীথম্দা কারকপা মীওইশিং, পূম্নমক্কী মরক্তা খেৎনবা অমতা লৈখিদ্রে। অয়াম্বনা খুৎনা নাইবা লংনা শাবা ফীজন শেত্তুনা কোক্তা খ্বাইনা খংনরবা পামনরবা গান্ধি তুপী উপ্তুনা মতম পুম্বদা মী পুম্নমক চপ মান্ননা ফীজন হোংখ্রে।

থ কয়ামরুমগী মমাংদগী হৌনা মন্ত্রীশিং লৈরক্লবা পঞ্জাব অমসুং বেঙ্গলদদি য়াম্না লুনা থোক্লমই। লৈবাকশিং অসিদা অথিংবা অমতা লৈরমদে; প্রজাশিংগী পুন্সিদা করিগুম্বা মখলগী অৱা-অনা অয়েৎপা করিমতা থোকহন্দনা য়ামনা ইংনা অহোংবা কয়া'মা পুরকখি। পঞ্জাবতদি মরুওইনা হায়গী হুকুম কায়দনা চৎনরমই অদুগা মন্ত্রী অয়াম্বসু অনৌবা নৎলমদে। হৌরকপদগী হৌনা মখোয় অচৌবা অফিসাব ওইবকপা ঙাক্লি; মতুংদসু কায়দনা অদুম মওইখি। মখোয়গী বৃটিশ সরকাবগা অনিগী মবক্তা খৎন-চৈনবা য়ানদবা করিমতা লৈরমদে; মরমদি লৈবাক ৱায়েনগী মতাংদা মখোয়গী ৱায়েন্না মকোক থোংবা ওইবমই।

কঙ্গ্রেসনা শাসন তৌবা প্রোভিন্সশিংগা বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবকা খেৎনবা হায়ববু, মরুওইবা চাওরাক্লা, প্রাজাগী নিংতম্বা অমদি রাজনিতি ৱালানা জেল তাবগী মতাংদতনি। বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাব অনিদা, পুলিস অমসুং লোম্না পাও লৌবা কাংবু, পোত্থাবা ফংলমদে লোয়ননা ফাদোক তারবা রাজনিতি ৱালাশিংবু থাদোক্লমদে। সাহেবকী চিনখা থাবা মন্ত্রী মণ্ডল লৈববা, বেঙ্গলদা, অফবা মী মশীং লাখা কয়া হেনগৎলকখি; হায়বদি মরান শীবা তৌদনা নত্রগা বিচার তৌদনা, চহি কয়া কয়া লাকঙমদনা, নুপা-নুপীশিংবু ফাজিন্দুনা থমখি। অদুম্নদি ওইবগা কঙ্গ্রেসনা পানবা প্রোভিন্সশিংদদি (ফাদোক তাববা) জেলদা চংলকপা রাজনিতিগী মীওইশিংবু থাদোক্লবা অথুবা থবক লৌখৎখি। হিংসাগী থবক তৌরুবদগী ফারকপা মীওই কয়াগী মতাংদা, গর্ভণরনা য়ানিংদে, হায়দুনা, অহোয়ননা মতম শাংদোকহন্নবা লাক্লরমই। ১৯৩৮ দা থৌদোকশিং অদু মৈহৌনরকখি; কাঙ্গ্রেসনা পানবা লৈবাক্তা (ইউনাইটেড প্রোভিনস অমসুং বিহারদা) কঙ্গ্রেসশিংনা ফম থাদোক্লরকখি। মসিনা মরম ওইদুনা, গর্ভণরনা য়ানিংলমদবদু মশা মশামক্লা থাদোকখি, লোয়ননা ফাদোকশিংবু জেলদগী থাদোকখি।

# নিপানগুবা পন্দুপ

## মরিগুবা তাংকক

# ভারত্তা ভারত মচাশিংনা তকশিল্লকপা মায়োক্তা বৃটিশশিংনা লেংদনা নিংঙাইদনা লৈথোকপা

প্রোভিন্সকী অনৌবা এসেমব্লিশিংদা, খুঙ্গং-লমদমদগী প্রজাগী মীহুৎ ওইনা থাবকপা মশীং য়ামখৎলকখি; মসিনা মবম ওইদুনা এসেমব্লি অয়াম্বদা লোউ শিংউবগী বিফোর্ম শেম্নবা তকশিল্লকখি। অদুগা বেঙ্গলদদি হায়না মোমেন্ট সেটলমেন্ট) লৈতা-খুন্দাহনখিবনা অমদি অতৈ মবম কয়া'মা লৈবদগী লৌউমীশিংগী ফীবম খ্বাইদগী হেন্না ফৎলমদে। মথংদা, অচৌবা জমিদাবি লৈবা অতৈ প্রোভিন্সশিং মকওইনা বিহাব অমসুং ইউনাইটেট প্রোভিন্সশিং ফীবম ফত্তবগী শিংদা চনলি হায়বা য়াই; অহুমগুবদা হৌবদগী লৌমীনা লৌপু ওইবা মখলগী লম লাকই (মাদ্রাজ, বম্বে, পঞ্জাব অসিনচিংবা), অদুন্নদি ওইবগা হায়বিবা লমদমশিং অসিদা অচৌবা লৌ-ইংখোলগী ইষ্টেট কয়ামকম অমসু থোক্লকখি। কান্নবা ফংলবা মখলগী বিফোর্ম ওইনা লৈতা খুন্দাহনবগী থৌশিন, বেঙ্গলদা হৌখিবনি। অসুম্না চখবা অদুবু মী অয়াম্বনা য়ানখি, কমিসন ওইনা থাবকপা অফিসকী মীওইশিং ফাওবনা, মদুবু ফৈ হায়না অয়াবা পীনবকখি; অদুন্নদি ওইবগা ফংফম থোকপা কায়বগী শকক অদুবুদি থিংজিন্নবা নত্রগা তপথনা অহোংবা অদুমক পুরক্লবা তৌগে মতাগুম শিল্লমই। নিংবা মতুংইন্না অনৌবা লম পীথোকপা -য়েঙ্খোকপা য়াবকপনা পঞ্চাবতি মবাইবক ফখি।

কঙ্গ্রেসকীদমক্তদি লৌ-উ-শিংউবগী ব্রাফম অদু, সমাজগী ওইনা য়ানববা ওইনা তৌবমই, ব্রাফম অদু লৈননবা অমদি পোলিসি নিতি নিয়ম শেম্নবা, মতম মতিক চানা পীবমই। ফীবম্না খেৎনবনা তোঙান তোঙানবা প্রোভিন্সশিংদা অমগা অমগা মান্নবমদে; অদুগা অতোপ্পা মবম অমনা প্রোভিন্স প্রোভিন্সকী ওইনা শেমগৎ-শাগৎলকইবা কঙ্গ্রেসকী কাংলুপ নায়বা মশেম্না অমগা অমগা খেৎনহল্লমই। কেন্দ্রগী শিল্লাংবা কাংবুনা পুথোকপা ভাবত অপুম্বগী ওইবা লৌউ-শিংউবগী পোলিসি অমা শেমই প্রোভিন্স খুদিংমক মদুদা য়াওশিল্লকখি মচাখায় খায়না হাপচিন্দুনা মদু মপুং ফাহনখি। মসিগী মতাংদা ইউনাইটেট প্রোভিন্স কঙ্গ্রেসনা খ্বাইদগী হেন্না খুমাং চাওশিনখি; জমিদাবি সিষ্টেম মুখৎনবা ব্রাবেপ লৌখি। গভর্ণমেন্ট ওফ ইণ্ডিয়া এক্ট ১৯৩৫ না মসিমক থোকহনবা ওইথোক্তবনি; মদুদগী হেন্দুনা ভাইসবোয় অমসুং গভর্ণবগী তোপ তোপ্পা অহেনবা পব্রাবনসু ওইহনবা য়াবোই; মসিগী মথক্তা লৌ ইংখোলগী মপু ওইববা মীওই কয়া'মা য়াওনা শাববা অনিগুবা চেম্বব ফাওবগী মতিক ওইবমদে। অহোংবগী অচৌবা ইনোৎনা সিষ্টেম অসি মরুফুক্না মাংহনখিদ্রবদি সিষ্টেম অসিগী অচৌবা কয়াৎ 'নুংদা অহোংবা খবদি (শেমগদবনি) শেম্বা তাবনি। মসিনা বিফোর্ম তৌবদা লুনা থোকহল্লি, অকীবা ফংনা চম্মনহল্লি, অদুগা হান্ননা খল্লম্বা মতমদগী হেন্না কুইনা শাংনা মতম চংহনলমই।

অদুম ওইনমক, লৌউ-শিংউবগী মচং ওইবা শকক্কী বিফোর্ম পুথোকপা হৌখি; লৌ-উ-শিংউবগীদমক শেন পুববু শিঙনখি। মসিদা নত্তনা, ফেক্টবিদা থবক শুবা শিম্নীগী ফীবম ফনবা, প্রজা মীয়ামগী হকচাং ফনবা য়ুমলৈ কৈবৈ ফগৎনবা লোকেল সেল্ফ গভর্ণমেন্টশিংগী হৌবদগী (লব্রাব প্রাইমাবিদগী) ইউনিভবসিটি ফাওবদা তম্বীবিবা লাইবিক মতম্বী, লাইবিক হৈহয়বগী থৌবাং, কোল কাবখানা, খুঙ্গংগী চাওখৎ-থৌবাং অমদি অতৈ হীবম কয়াগী থবক পায়খৎখি। সমাজগী কলচবগী শেঙ্ছুমগী চাওখৎ থৌবাং হান্না লৈবম্বা সবকাবনা কবিমতা থৌওইবীদে অমদি খংজিন্নদে; মখোয়না খাজনা লৌখৎনবা অফিস

কনখৎনবা লোয়ননা পুলিসকী মপাঙ্গল কনখৎনবা তৌবনা মথৌওইনা লৌবমই; মসিনত্তবা অতৈবুদি মানা মানা থোকপা, মবাইবক য়েংজনবা থাদোক্লমই। কবি কবিগুম্বদা তৌদবা য়াদবা থবক অদুতমক তৌই; কমিসন অমসুং ইনক্বাবি কমিটি কয়া শেমগৎলমই. কমিটিশিং অদুনা কোয়চৎ চত্তুনা চহি কয়া চুপ্পা হোৎনবগা পুবা থাংবা ওমদ্রবা রিপোর্টতমক তৌবমই। অসুম্না থাগৎলকপা রিপোর্টশিংদু, খুনুনা মাগী মাগী মকোন্দা চংবগুম, মবী লৈনবা মকোন মকোনশিংদা থাজিন্দুনা মাংহল্লি; থবক ওইনা কবিমতা পায়খত্তে। তত্তনা লৈবাক্লা লাওনববা ফাওবদা, লৈফম থোকপা চাথোক মীকোক অসিনচিংবগী মবীদা থিজিনফম থম্বীফম থোকপা কবিমতা তৌদে। অসিগুম্বা বেকোর্ড থম্বীদবা, লম ওম্বোকপীদবা (সর্ভে তৌদবা) মকওইবা খংদবা য়াদবা ব্রা-পাও খংহন্দবা অসি পুম্নমক অসি, চাওখৎ থৌবাং পুবক্লবা লম্বীদা শাথিনা লৌ থাকপনি। মবম অসিনা, তৌফম থোকপা শাসনগী থবক তৌন-তৌনা মদুগী মথক্তা, অনৌবা প্রোভিন্সিয়েল গভর্ণমেন্টনা সনজিংমুক চাওববা থবক মাইযোক্লবা তাবম্মী, চহি মতম শাংনা থৌশাবীবমদবদগী থোবকপা খুদোংথীবা থবক কয়া থেংনবা তাবমই; লোয়ননা মাইকৈ খুদিংদা অথুবা পঙ্বা য়াদবা থবক পাযখৎপা তাবমই। পুন্সিগী ওইবা সবকাববু সমাজগী ওইবা ষ্টেট ওইনা হোংদোকপা তাবমই; মসি অবাইবা থবক নত্তে; মখোযদা পীশিল্লম্বা শক্তি, প্রজা মীয়ামগী লাইববা, প্রোভিন্সকী ওইবা সবকাবগা সেন্টবগী ওইবা সবকাবগা অনিগী ওন্নৈনবা মিৎয়েং মসি পুম্নমক অসিনা অহোংবা অসি পুবকপদা যাম্না লুনা থোকলমই; মকওইনা সেন্টবগী সবকাবদি ভাইসবোইগী মখাদা মপুংমবৈ ফাববা ওটোক্তেটিক অসি খুত্তা শক্তি পুম্বা পায়শিনবা সবকাব ওইবমই।

থমইবা পনখৈ অমদি শেমইবা ঙমখৈ, পুম্নমক অসি ঐখোয়না খংলমই, ফীবম পুমহোং হোংদ্রিবমখৈ ঐখোয়না কবিমতা তৌবা ঙমদে হায়বা ঐখোয়না মুম্না খংলমই; মসিননি নিংখা-তমনিংবনা ঐখোয়বু ঙাওহল্লিবসি; হীবম কযাদা খুমাং চাওশিন্না চংশিনগ্লবা অতৈ লৈবাক কযাদগী তাদনা অমদি হেন্না ফগৎহন্নিংবা লোয়ননা চাওখৎহন্নিংবগী অপাম্বা ব্রাখলগা ঐখোয অসি থুম্মৎখ্রবনি। ইউনাইটেট ষ্টেট ওফ আর্মেবিকা অমদি খুমাং চাওশিন্না চংশিনগ্লবা নোংপোক মাইকৈদা লৈবা লৈবাকশিংগী মবমদা ঐখোযনা তত্তনা খল্লি। অদুগা পুম্নমকসিগী মথক্তা সোভিযেৎ ইউনিওনগী খুদম ঐখোয়না ফংই; তেল্লবা চহি নিফু অসিগী মনুংদা লাল্লক্তা অমদি খৎনচৈনবগী মবক্তা.লাকশিনবা, ব্রাববা খুদোংথীবা কয়া'মা মযোক্লনা অঙকপা ফংনা চাওখৎলমদা চংশিল্লকলি। কমৃন্নিজমনা কনা কনাগুম্ববু শুম্মৎনা চিংশিল্লি; কনা'মাবুদি ঙমদে; অদুম্নদি ওইবগা থায়নগী ওইববা কাংখ-থাংগুম চম্মান্নববা শকক্তগী অঙকপা, হৈশিংবা মহোৎননা অনৌবা পৃথিবী অমা শেমগৎলকইবা, --

মহৈ মশিং তম্বীবা, কলচব, চেকশিল্লবা হিদাক্লাংথক্কী থৌবাং, হকচাং ফনা কম্না থম্নবা থৌশিন, অমদি জাতি অমা ওইবগী চংদ্রবা যাদ্রবা প্রোব্লেম কয়া, থবক্কী লমদা পাংথোক্লকইবা সোভিযেৎ ইউনিয়নগী, লেপ্তুনা, খুমাং চাওশিন্না, চাওখৎলকপদগী লমদা, চংশিল্লকপা অসি উবদা, মীপুম খুদিংমক্ ঙক্লবমই। লৈবাক ব্রায়েনবগী গুণনা লৈতেংলবা মীওই অমগী মখাদা লৈবা শাসয়া থোয়না হেন্না ফৈ হায়না থাজজববা ববিন্দ্রনাথ ঠাকুবনি; কমুনিষ্টকী লৈঙাক পথাপ, মহাক্লা য়ানিংদে; অদুম্নদি ওইবগা বসিয়ানা পুখৎলকইবা অনৌবা সভ্যতা অসবুদি মহাক্লা থাগৎলি লোয়ননা মহাক্কী মবৈবাক্তা হৌজিক ওইবিবা ফীবম অসিগা খেৎনবিবদু মহাক্লা পুথোকই। লায়না অমসুং লাইবিক হৈতবগা লাম্বেংনবদা বসিয়াগী চোকথবা লৈত্রবা মপাঙ্গল অমদি পাকচাওববা মহাদেশ অসিদা বসিযান জাতিবু হম্বনা য়েংলম্বা জাতি অতৈগী মিৎয়েং মাংহন্নবা অপংবা অমসুং মহৈ হৈতবসু (লাইবিক হৈতবা) তপ্না তপ্না লেপ্তুনা মক ফুক্তোকপদা মমাইপাকলকপা অসিনচিংববু পল্লদুনা, পুন্সিগী অবোয়বা যাত্তিপ তাল্লমদাইদা, ববিন্দ্রনাথনা হিপ্লফমদগী মাগজী পুন্সিগী অবোযবা পাওজেন শন্দোকখি। কাংলুপ অমগা কাংলুপ অমগা, ধর্ম্ম অমগা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমগা মখোয় মশেনগী মবক্তা লৈনফম থোকপা কল্লক য়েংথিনবা, খেৎনবদু, বসিযাগী সভ্যতাদা লৈতে। বসিযানা পাংথোকইবা, তেল্লবা মতমদা, ঙকপনা জ্ঞান মাংহনলবা চাওখৎ খোংজন্না, মতম অমতদা ঐহাকপু নুংঙাইহল্লি লোযননা মিহৌবা পোকহল্লি। চহি খবগী মমাংদা, চাওখৎপগী থীনা লাপ্পা খেৎনববা চাংদা লৈবম্না, মফম কযাগী জাত্তি ২০০ বোম্না শান্তি ওইনা, খুৎশম্নদুনা (চায়না মকপ ওইনা) চাওখৎপগী লমদা মীমাং থানা চংশিল্লকপা ঐহাক্লা উবা মতমদা, য়াম্না ব্রাংলবা জ্ঞান লৈববা মীশিংনা শা ঙা ওইবগী তমথীববা ফীবমদা লৈবা ঐহাক্কী ইবমদমবু ঐহাক্লা উই; অসুক ময়েক শেংনা খেন্নবিবা ফীবমশিংবু উহল্লবা অমগা অমগা অমতা ওইনা খুৎশম্ননা মতেংপাংনবা সবকাব অমদি অঙম অঙম্বা নৈতক্তুনা চানববা সবকাব হাযবিবা সবকাবশিংগী ব্রাযেন পথাপ অনি অসিবু খেৎনবা চাংদম্নদনা, ঙমদে।

অতৈনা তৌবা ওন্নবা ঐখোয়না করিগী ওন্নোই ? ঐখোয়গী তৌবা ওন্না পাঙ্গল, ঐখোয়গী বুধি লৌশিং, খাংবা কনবা ঐখোয়গী শক্তি, অইনকনবা অমসুং মাইপাকপবু থাজনা, থবক তৌগনি। ঐখোয়গী খুদোংথীবা, লাইরবা, শোখহৌবা, ঐখোয়গী মায়োক্তা লৈবা কাংবু, জাত্তি অমদি ঐখোয়গী ইরক্তা কাংলুপ খায়দোকপা পুম্নমক ঐখোয়না খংই; মসি পুম্নমক ঐখোয়না মাইয়োক যাবা তাবনি লোয়নননা লাকশিনবা তাবনি। পোৎকী মখল য়ামই হায়বা ঐখোয় খংই; অদুবু হৌজিক ঐখোয়না লৈরিবা ফীবমসিদা নিতিগী ওইনা নুমিৎ খুদিং ঐখোয়না পীরিবা মমলদগী হেনগত্তবনা, মমল অদু পীনবা ঐখোয়না হোৎনবা তাই। বৃটিশকী শাসন অমসুং মখোয়গী খুৎ চনখিবা মপানগী থৌরম কয়ানা খোংথাং খুদিং ঐখোয়গা ময়োক্লরিবা অমদি ঐখোয়না হোৎনজরুবা পুমবা অরেম্বা তাহল্লবা মতমসিদা ঐখোয় মশেন মনুংদা, ঐখোয়না করি তৌবা তাবগে ?

প্রোভিন্সকী ওইবা শাসন্দা, ঐখোয়না তৌগে য়াবা, তৌরোই য়াবা অমদি অককনবা খুদোংচাবা খরা ঐখোয়গী লৈবনা, মদুগী খুদোংচাবা মপুংফানা ঐখোয়না লৌখৎনিংই। তৌইগুম্বসুং মাদু ঐখোয়গী মন্ত্রীশিংগী থম্মোই কায়নিংঙাই ওইববা মথৌ অমা ওইরমই; মরমদি খোয়জেন লিংজেন মান্নদবা অমতা ওইনা পুনশিনবা য়াদবনা অমদি অমতা ওইবা মিৎয়েং ৱাৎপনা, মন্ত্রীশিং অসিনা, মতুং ফাওবদা লেংলরোইদবা থবক তৌবদা মখুৎ থাবা ওন্নমদে লোয়নননা মখোয়গী দায়ি অমদি তৌফম থোকপা থবক লৌখৎপদা মকোক ঙাওরমই। লাইবক থিবা অমনা মন্ত্রীশিং অসিগী মশীং য়ামনা য়াম্লমদে। প্রজাগী শেন খরচ তৌবদা চেকশিনবা অমদি য়াম্না চম্না মপুন্সি লেনবগী খুদম মখোয়বু উৎহলনিংলমই। মখোয়গী তলব য়াম্লমদে; অদুগা মখোয়গী সেক্রেটরি অমগী নত্রগা মখোয়গী মখাদা থবক তৌবা ইণ্ডিয়ান সিভিল সার্ভিস (আইঃ সিঃ এমঃ) অমগী তলবনা অমদি এলাওয়েন্সনা মন্ত্রী অমগীদগী শরুক মরিমঙা হেনবদু উবদা ঐখোয়দা ঙক্লা থোকই। সিভিল সার্ভিস অমগী শেনফম ঐখোয়না শোকউবা ওন্না নত্তে। মন্ত্রী অমনা ট্রেন্দা চৎপদা সেকেণ্ড ক্লাস অদুদগী হেন্দুনা থার্ড ক্লাস ফাওবদা চৎপা তারমই অদুগা মন্ত্রীগী মখাদা থবক তৌবশিংদি রেলগাড়ী তোংদুনা চৎপদা ফার্ষ্ট ক্লাস নত্রগা মদুদগী হেন্না কে-মৌনা শেমশারবা সেলুন্দা চৎলমই।

অসুম্নসু ইতত্তনা হায়জিনলমই, সেন্ট্রেল কঙ্গ্রেস একজিক্যুটিভনা মথকলোমদগী (মন্ত্রিশিংদগী) হুকুম থোকহন্দুনা প্রোভিন্সকী শাসন্দা ওহাক লৈতনা য়েত্তুনা অপনবা পী। হায়রিবদু পুম্লান লানবনি; ঐখোয়গী ওইনা মনুংদা তৌবা শাসন্দা ঐখোয়না অথিংবা অয়েৎপা অমতা পীরমদে। কঙ্গ্রেস একজিক্যুটিভনা পামজরম্বদি মরুওইবা রাজনিতিগী থবক্তা (fundamental political matter দা) অমতা ওইবা পোলিসি. প্রোভিন্সিয়েল গভর্ণমেন্টনা চৎহনবীগদবনি অদুগা ইলেক্সনগী মেনিফেষ্টোদা ইরিবা কঙ্গ্রেসকী প্রোগ্রাম অদু হেক য়ারিবমখৈ পাংথোকপীগদবনি। চাওরাক্লা হায়রবদা গর্ভণরশিংগী অমসুং ভারত সরকারগী পোলিসি, অমতা ওইবা চাংচত্তা মান্নমা থম্নীগদবনি।

দায়ি শুকপু পুদনা শক্তিদি থাদোকপা লৈতনা পায়শিল্লিবা, কেন্দ্র সরকারদা অহোংবা অমতা লৈহনদনা, প্রোভিন্স খুদিংগী নিংতম্না পীথোক্পনা, প্রোভিন্স মখৈ অমগা নাকপাক তানহনবা লোয়নননা পুকচেন খোইজেন তিন্নহন্দবা থোকহনবা য়াই; মদুগী মহৈনা ভারতমচাশিংগী থবক্তা ওইবা ৱাখলবু নোংম-নোংমগী মাংথহল্লি। অসুম্না মচেৎ মচেৎ তানা থুগায়নবা মচাক তানবা, ইশৌচংবা হেনগৎহনবা, বৃটিশকী পোলিসি লেপ্তুনা পুশিন্নবা অচেৎপা ৱাখলবু বৃটিশ সরকারনা চু পায়বগুম পায়রি। লৈরিবা ফীবম, চেৎনা লৈহন্নিংবা, দায়ি পুনিংদবা, দায়িপুদবা লোয়নননা নিংথৌ পানবা বৃটিশকী থায়নগী ওইবা চৎনরমববু হৌজিক ফাওবা কায়দনা চথরিবা ভারত্ সরকারনা, চীংজাওগুম লেংদনা মরা তানা খাংদুনা লৈরি; অওইবমক প্রোভিন্স খুদিংমক্তা অসিগুম্না পোলিসি অসি চাং অমতা ওইনা চলায়রি । নিউ দিল্লি নত্রগা সিমলাদগী তাওথরকপা হুকুম মতুংইন্না গভর্ণরশিংনা শুক্রায় কায়দনা চথরকলি। কঙ্গ্রেসকী ওইবা প্রোভিন্সিয়েল সরকারনা নিংবা মতুংইন্না খজিক হোংদোক্তুনা হেক চথরুবদা, অসিগুম্না সরকার অসি মুখৎনবা বৃটিশ সরকারনা হোৎনরি। মরমসিনা প্রোভিন্সকী ওইনা থবক পুরিবা অসিগুম্না (কঙ্গ্রেসকী ওইবা) সরকারনা অমতা ওইনা তিন্নদুনা, লিচিং অমতা ওইনা বৃটিশ সরকারগা মায়োক্লবা তঙাইফদ্রবনি। অমরোমদা ভাবত সরকারনা, অসিগুম্না অমতা ওইনা প্রোভিন্সশিংনা পুনশিনখিবা অসি থিংননবা, খোয়রাংলি লাংতক্লরি;

অদুনা প্রোভিন্সশিং অসি অমমমতা ওইনা তোঙান তোঙান্না, মবী লৈনবা লোয়ননা চপ মান্নবা মিংয়েংনা য়েংদবসি, ভারত সরকারনা পামখি।

১৯৩৭ ইং আগষ্ট থাদা কংগ্রেসকী ওইবা প্রোভিন্সকী সরকার হেক শেম্লগী কংগ্রেস একজিক্যুটিভনা মখাগী রাবেপশিং অসি তাখি।

"অথুবা মক ওইবা থৌরম শয়নবগীদমক, অমদি মদুগী মহৈনা জাস্তি অসিবু অমুক হন্না শেমগৎ-শাগৎনবা লোয়ননা সমাজগীদমক তৌফম থোকপা তৌদবা যাদবা থবক্কী স্কিম পায়খৎনবগীদমক, হৈ-শিংলবা মী ওই খবনা শাবা কমিটি অমা শেম্নবা, কংগ্রেসকী মন্ত্রীশিংদা রার্কিং, কমিটিনা শিন্নখি। হীবমশিং অসি খয়বদা পাক শন্না কুপ্পা য়েংশিন্না, মক ওইবা মচাক তানশিন্দুনা থোমজিনবা, লোযননা অমকপা লৈতনা, শেংনা উৎলবা সমাজগীদমক (মীয়ামগীদমক) তৌফম থোকপা থৌরম খন্নবা তঙাইফদ্রবনি। যুমথংননা লৈবা প্রদেশশিংগী অপাম্ননা অমগা অমগা মবী লৈনবনা, হায়বিবা হীবমশিং অসিগী অযাম্বদি, খুৎলৌ পাল্লৌদনা হৈশিংনা পাযখৎপা ওইথোকলমদে। মাং-তাকপা থোকহল্লিবা, ঈশিং ইচাও থিংনবা নিয়ম কয়া শেম্না গুন্নবা, লৌখোংদা মতিক চানা ঈশিং পীনবগীদমক ঈশিং শীজিন্নবা, তোর্বানগী লৈপাক নিংখায়হন্দনবা উপায় থিনবা, মেলেরিয়া, মক ফংনা মুথৎনবা, হাইড্রো ইলেকট্রিকী থৌরম চাওখৎহন্নবা অমদি অতৈ কয়া পায়খৎনবা, তুরেনশিং হীবম কুপ্পা য়েংশিনবা তাবনি। থৌবাংশিং অসি পাংথোক্লবা তুবেল চেল্লিবা মফম, কুপ্পা য়েংশিনবা, থিজিন হুমজিনবা তাবনি, লোযননা, অচৌবা থাক্তা অচৌবা প্লান্নিং লৌখৎপা তাবনি। খুৎশা হৈবগী থবক খুৎচন্না চাওখৎহনগে হায়ববদি তোঙান তোঙানবা প্রোভিন্সশিংনা অমতা ওইনা, পুনশিনবা লোযননা অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা, থবক পায়বা তঙাইফদবনি। মায়োক যাদবা প্রোব্লেমগী সাধারণ মরম খন্নবা, নিযম অমগী মখাদা, হায়বিবশিং অসি লৌখৎনবা, তোঙান তোঙানবা মত পীবক্লবা প্রোভিন্স খুদিংগী হৈশিংবা কয়ানা শাবা প্রোভিন্সশিংগী অপুনবা কমিতি অমদা অহানবগী ওইনা শেম্মনবা রার্কিং কমিতিনা পাওতাক পীগনি। অসিগুম্বা (প্রোব্লেম) হীবমশিং অমমমতা ওইনা তোঙান তোঙান্না খন্নবা, থবক ওইনা হীবমশিং অসি প্রোভিন্সকী সরকার পায়রিবশিংনা লৌখৎনবা, তোঙান তোঙানবা থবক্কী স্পীসিয়েল কমিটি নত্রগা বোর্ড শেম্নবা ট্রান্সপার্ট কমিটিনা (প্রোভিন্সশিংগী হৈ-শিংলবশিংনা শাবা কমিটিনা) অপাম্বা মত পীবা য়াগনি।"

কবি কবিগুম্বদা প্রোভিন্সশিংগী সরকারশিংদা পীখিবা পাওতাক্কী মখল অমবু, মথক্কী রাবেপ অসিনা মযেক শেংনা তাক্লি। শেছুম অমদি খুৎ-শা হৈবগী লমদা প্রোভিন্সশিংগী সরকারশিংনা অমগা অমগা খুৎশম্মনা, মতেং পাংনববু থৌগৎপদা, কংগ্রেস একজিক্যুটিভনা কয়াগী মতিক পামলম্বগে হায়বদু মসিনা উৎলি। কংগ্রেসকী ওইবা সরকারদতা অপাম্মনা হায়ববসু অসিগুম্না খুৎশম্মনা মতেং পাংনবসি কংগ্রেসকী ওইবা সরকারশিংদগীতা নৎলমদে। পাক-শন্না তুবেল সর্ভে তৌবনা প্রোভিন্স কয়াগী লম, শোক্লা, লৌশিনবা তাবম্মী; গঙ্গা তুবেল মরিন অমদি তুবেল অসিনা চেল্লিবা লৈতেম মায়বা তম্পাক্কী লম সর্ভে তৌবদা (ওম্ভোকপদা) অমদি গঙ্গা রিভর কমিসন অমা শেম্বদা, (য়াম্না থুনা পাংথোকপদা তঙাইফদ্রবা খ্বাইদগী হেন্না মক ওইবা থবক অমা পায়খৎপদা) প্রোভিন্স অস্তুমগী সরকারশিং হায়বদি ইউনাইটেট প্রোভিন্স, বিহার অমসুং বেঙ্গলগী সরকারশিংনা পুন্না অমতা ওইনা অমগা অমগা মতেং পাংনবা তঙাইফদ্রবনি।

শহর চাওবা ষ্টেটকী চাওখৎথৌবাং পায়খৎপদা, কংগ্রেসনা তৌদ্রবা য়াদ্রবা মক ওইবা থবক্লি হায়রিবা অসিমক রাবেপ অসিনসু উৎলি। কেন্দ্র সরকার অসি, প্রজাগী অপাম্বা সরকার ওইদ্রিবমখৈ অমদি প্রোভিন্সশিংগী সরকারশিংবু মখোং মখুৎ পুনশিন্দুনা থমইবা য়োংথ্লিংফলাং অসি, থাদোক্লিবা মখৈ অসিগুম্বা হায়রিবা প্লান অসি পায়খৎপা ওইথোক্তে। অদুম ওইনমক অহানবগী ওইবা মকওইবা থবক খবা পায়খৎপা য়াগদ্রা অমদি মতুংদা পায়খৎপা য়াবা প্লানিংগী মমি তমহৌবা য়াগদ্রা হায়না ঐখোয়না আশা তৌবমই। লাইবকথীবদি প্রোভিন্সশিংগী সরকারশিং মাগী মাগী থবক পাংথোকপদা মথৌ য়াম্না চিল্লমই অদুনা রাবেপ অদুগী মতুংইন্না থবক পাংথোকপদা খবা তপথখি। ১৯৩৮ গী লোয়শিল্লকপদা নেশনেল প্লানিং কমিটি শেমখি ঐহাক্লা মদুগী চেয়ারমেন ওইখি।

কঙ্গ্রেস সবকাবনা তৌবা থবক্কী অফ-ফত্ত ঐহাক্লা তোয়না নৈনবমই; মখোয়না পায়খৎপা চাওখৎ থৌবাংগী খেংজেন্না মওম ইশান শান্দবা অদুদা ঐহাক শাওনিংলমই; অদুবু হঙ্গত্তুনা য়েংউবদা, মখোয়গী মাইকৈ মবিমক্তা মশীং লাকওমদ্রবা খুদোংথীবনা ইকোই কোইশিল্লবা ফাওবদা চহি অনি মতেক্কী তেল্লবা মতমদা মখোয়না পাংথোক্লম্লা থবক উকবদা ঐহাক ইওক ঙকলমই। লাইবকথীবদি, মখোয়না থবক থাদোক্লবা অমদি মখোয়গী মীছুৎ হায়বদি বৃটিশ গভর্ণবশিংনা মখোযগী মহুৎশিনবা মতমদা, মখোয়না তৌবম্বা থবক লোইনিংচিত্ত থনম্বনি, মকওইবা মখোয়না তৌবম্বা থবক খবদি মহৈ চাবা ঙমখিদে। লৌমী অমসুং খুৎশা হৈবা কাংবু অনিদি খবা কান্নহৌই লোয়ননা মপাঙ্গল খজিক কনখৎখি। খ্বাইদগী মকওইবা অমদি কান্নবা, পাংথোকখিবা থবক্কী মনুংদা মীপুম খুদিংমক লাইবিক হৈহল্লবা, বেসিক ইডুকেসন অসি অমনি। মহৈ হৈহন্নবা ইকোন কোনবদা পুথোকখিবা ব্রাফম ওইবত নত্তনা ভবতকী ফীবমগা মকওইনা চান্নববা পাংথোক থৌবম অমনি।

কান্নবনা মপুং ওইববা থৌবম খুদিংমক চাওখৎপগী অহোংবা নাইবা ইচেন্দা তিল্লবা ঙাক্কি। কানপুব টেক্সটাইল ইন্দষ্ট্রিদা থবক শুবশিংগী ফীবম য়েংশিন্নবা ইউনাইটেট প্রোভিন্স সবকাবনা শেম্বা কমিটিবু ইওষ্ট্রি অসিগী মপুংশিংনা (মকওইনা ইউবেপিয়ানশিংনা, ভাবতমচা খবা য়াওজববসু) য়াম্না থৌশাদন তৌবীবমই; মখোয়না তানশিল্লুবা হংলুবা অচুমবা শকক্কী হিংসাব মখোয়না পীয়ু য়াখিদে। ইওষ্ট্রি মপুং অমদি সবকাব, লেপ্পা পামদবা অদু থবকশুবা কাংগুনা মতম শাংনা মাইযোক য়াদুনা লৈবা তাখি; পুলিস ফাওবা মতম পুম্বদা ইওষ্ট্রিগী মপুংগী মখুত্তা লৈবমই। কঙ্গ্রেস সবকাবনা, পোলিসিদা অহোংবা পুবকপদু মখোয়না য়াবমদে। ভাবত্তা মতম শাংনা চথবক্লবা থবক শুবা শিম্নীগী লালহৌ মুন্না খংলবা, খংবা শীংবদা শকক চাওনা য়াবক্লবা মিষ্টব বিঃ শিব বাওনা, ভাবত্তা লৈবা ইওষ্ট্রি মপুনা শান্নবা চলাক্কী মবমদা অসুম্না ইবমইঃ- "অসিগুম্বা থৌদোক্তা (স্ট্রাইক অন্দোলনচিংবদা) ইওষ্ট্রি মপুশিংনা উৎপা (মবমচাদবা) মখোয়না মবমচাই হাযবা শকক অমদি থাজবা ব্রাৎপা ব্রাফম অদু, ভাবতকী ফীবম কবিমতা খংদবা কনাগুম্বা অমা ফাওবনা য়ানিংলমদে।অসিগুম্বা মওংদা চলাযবা লৈবাক অয়াম্বগী সরকাবতনা অসিগুম্বা ইওষ্ট্রি মপুবু য়াজবনি। ভাবতদি মসিগী মতাংদা হেন্না হাযবা য়াবা মবম চাবা শককলৈ হাযনা, মিষ্টব শিব বাওনা থিন্দুনা উৎলমই। "ট্রেড ইউনিযনশিংবু খুজ্জি য়াওদনা থাদোক্তুনা চাওখৎহল্লবদি ইউনিযনশিং অসিনা মীয়াম্বু ভাব তাহনখিগনি হায়না, মশাগী যেংথিনবা যাদনা, অমফাওবা থাক্তনা ভাবত্তা লৈবা অফিসাবশিংনা মশান অকীবা পোকচৈ, মবক মবক্তা ভাবত্তা হৌবকপা বাজনিতিগী অন্দোলন্না, নন-কো ওপবেসন অমসুং সিভিল ডিসওবিডিযেন্স কুম্বা ইহৌনা অচাকপা মৈগুম চাকশিল্লকপা, অসিগুম্বা মীয়ামগী অন্দোলন্না কবিসু তৌহনবা য়াবোই হায়না মখোয়না নাচুংদনা লৈথোকই।" *

সবকাবশিংনা পোলিসি পুথোকই, লেজিসলেচবনা আইন শেমই, অদুবু পোলিসিশিং অদু থবক ওইনা তৌহনবা, আইনশিং অদুবু চৎহনবদি মকওইনা সবকাবগী লৈঙাক খুত্তা পার্যাবিবশিং অমদি মখোয়না তৌবা থবক্কী মখা পোল্লি। মবর্মাসিনা লেংদনা থবক পুবিবশিং হায়বদি মবওইনা ইণ্ডিয়ান সিভিল সার্ভিসগী মীওইশিং অমদি পুলিসশিংগী য়াকা প্রোভিন্সিয়েল সবকাবনা যেংদুনা শ্লাইদুনা লৈবদি মশান তাবনি। প্রজাগী মপুক্লিংদা য়ানিংদবা পোকপা, প্রজাগী কান্নবা ব্রাৎহল্লকপা, অফাপুন অমদি দণ্ড তৌবদতা মথৌ ওইনা তৌবা কাংবুগী মখা থানা, মীখা পোন্দুনা লৈবা হায়বিবা মতমগী অনৌব ইচেলগা তোঙান তোঙানবা মওংদা তৌবা ঙমই হায়না মখোয়না নিংবতনা, চৎনবী ওইনা তৌবা, মখোয়না তৌথোবকপা থবক্কা চান্নদ্রে। কবি থোবকপা য়াবগে হায়বদু অহানবদা মখোয়না খংবা তাবনি। অদুম্নদি ওইবগা লালহৌবমক থোকখিদ্রি অদুগা মখোয়গী লিববা চৎনবীবু খজিক খজিক ওইনা মখোযনা মবা তাহল্লি। লম লমগী ওইবা মীগী চৎনবীদা মন্ত্রীশিংনা মখুৎমক হেক থিংজিনবদি অবাইবা নৎলমদে; অচুম্বা কেশতা মখোযনা কবিদি তৌবা ঙমগনি। মখোয়গী থবক্তদা মখোয়না পুন্না অমতা ওইনা চৎমিন্নবমই লোযননা পুন্না যানমীন্নবমই; কনাগুম্বা মী অমা থবক মফম হোংবা তাববদি মহাক্কী মহুৎশিনবদুসু হান্না তৌবম্বা থবক অদু শুক কাই কায়দনা অদুম চথবম্বগুম তৌই। হান্না চথবম্বা থবক অমদি শুপ্পম ওইনা পুম্নমকপু লাকথুনিংবা থবক্কী ব্রাখল অদু, খুদক্তা হেক হোংদোকপা ওইথোক্তে। খবদনা হোংলমবদি য়াই; অনৌবা মওংদা মশামক চুশিন্নানবা যাম্না কয়া হোংনবা তাবমই, অদুবু মখোযনা অযাম্বনা শেবান শেবান্নবা খন্নবমই লোযননা মতম অয়াম্বদা থবকসু (মথৌসু) শেবান

শেরায়না তৌনবমই; অশুক চাওপ্রবা (মপান নাইদ্রবা সমুদ্রগুল্লবা) অহোংবা অসিবু কবম্মা মখোয়না চখবা ঙমগদৌবিবা লোযননা অনৌবা মওং অমা পুবক্লবা কবম্মা লাঞ্জং চংবা ঙমগদৌবিবা ? তৌগে হায়না তৌববদা শোয়া অমদি লেংঙম শাঙমদনা হায়বা ইনগে হায়বা মঙাই থাজদ্রবা অমদি নিংজববা আশা নিংহন্নবা, অনৌবা মথলগী থবক পায়খৎপদা, মহৌশাগী ওইবা হৌনশা য়েংলুবগদি মৈতান অঙাংবা নেংনা ইচং থৌবা হৌনদে। লাইবক থীবদি হাযবিবা হৌনিংদনা য়ানিংফাওনা হায়বা ইনবা অদুফাওবা ময়েং মশীং হন্থবকপা তোইনা ওইবক্লনি।

অঙম্নগী শক্তি খুৎতা পাযবা, তৌনিংবা থবক, খুৎ অনি (খুৎচাও থাদুনা তৌবদা, অথিংবা আইন লৈত্রবা, অসিনচিংবদা মহৌশাদগী হৈনজবকলবা সিভিল সার্ভিসকী অরাংবথাক্কী ফম্মাইবশিংগী মবক্তা, মন্ত্রিশিংনা, লেজিসলেচর্বশিংনা ফম্মাইবশিংগী তৌফম থোকপা মথৌ থবক্তা মখুৎ থিংজিল্লকপদা মপুক্লিংদা নুংঙাইতবা পোকলম্মী। অবেপ্পা লেংদবা ফম, মরুওইনা বৃটিশকী ওইবা রাখলনা লু তোংদা মচ শংখ্রবা কাংবুনা পাযবা ফমদি, ভারতকী ওইখ্রবনি, মদ নওবা মতৌদি কায়দ্রবা কাংখ থাং ওইববা নপচতাংজবনি হাযনবা মমাংঙৈদগী ওইবা রাখল অদু মমি শামখ্রে। নৌনা লাকপশিংবু অরাফম তাহনবা অবাইবা ওইবমদে, অহোগননা মখোয়গী হুকুম (য়াথং) মখোয়দা লৌবা লুনা থোক্লমদে। হিন্দুগী তোপ তোয়া লৈজবা লাইশংগী শেংলবা সীমনা মনুংদা শোক্ল পল্লবা যাদবশিংনা নমথেক্কুনা চংলক্কদ্রা হায়না ধর্ম্মবু কা হেয়া থাজবা হিন্দুশিংনা খনব অদুমক, মখোযনা খল্লমই, খংলম্মী। মতম চংনা নোমইবা শেমগচ্চবা মদুমক্তা মখোযদদি ধর্ম্ম ওইববা, সম্মান অমদি জাতিগী মনুংদা হ্মাইগী মকোক থোংলবা, চাওববা রাখলগী লিরবা দলান, মযি চৎপা তৌখি। চীনাশিংদদি মপানগী ওইবা শক্তমবু কল্লা থাজগনবা কাংবুনি হাযনৈ, অদুবু ভাবত্তা বৃটিশনা তৌবগুম মখোযগী মবক্তা কনাগুম্মনা যাম্লমক পামশিন্না মপানথোংগী ওইবা শক্তম থাজবনি হাযবা ঐঙোন্দা চিংননা থোকই। অকোনবগী রাফম মতুংইন্না মসি লনাইগী, কাংলুপকী অমদি মজাতিগী ইজ্জৎকী ওইবত নত্তনা মসি মখোযগী নিতি নিয়ম অমসুং মশাগা কোয়জবক্লবা অপাম্নগা খাদোক্লবা যাদ্রবা মবী লৈনৈ।

মবম লৈতনা, কাহেন্না, চংলকপশিংবু থিংবা তাবনি, অদুবু অসুম্না তৌবদা, থোক্লকপা খুদোংথীবগী বাখলনা, লৈশিল্লক্তবনা, থিংবগী খাংঙম্না অদুসু চাং নাইনা হম্থাখ। শাসন পায়বিবা ডিপার্টমেন্ট পুম্নমক্লসু লায়থোক্লবকই, ডিষ্ট্রিক মাজিষ্ট্রেট অমসুং পুলিসনা মকওইনা ঙাক্লা চৎলিবা আইন অমসুং হুকুম (লো অমসুং ওর্ডব) হায়না খংনবিবা অসিগা মবী লৈনবা থবক, মকওইনা হেড কাটবদগী লাপথোকপ্রবা ডিষ্ট্রিকশিংদা, মসিমক তৌববদি হাযবদু চুমলবনি। অহানবদা কনাগুম্না সবকাব অমতনা যাবমদ্রবা থৌজান থবকশিং অদু থোকহনবদা, লৈবাক্কী নিংতম্ববু কঙ্গ্রেস সবকাবনা তকশিল্লকপনা, লম লমগী অফিসাবশিং অমসুং পুলিসনা লাল্লে হাযজবকলি। কেশ খবদা, পামদবা থৌদোক কযা থোকহন্নব লম লমগী অফিসাবশিং অমসুং পুলিসনা, মথৌমক ওইনা লাকনৈ হায়বসি ঐহাক তশেংনা থাজি। ধর্ম্ম খেৎনবা কাংলুপ কয়ানা, মখোয মশেন অমগা অমগা হাৎন-শুনখিবসি তোঙান তোঙানবদা মবম কযাদগীনি, অদুগা মাজিষ্ট্রেটশিং অমসুং পুলিসকী মবাল মতমপুম্নদা তশেংনা লৈতবা নত্তে। থুনা অমসুং শিংনা থৌদোকশিং অদুবু পায়খৎপনা, খুদোংথীবা অরাবদু লেপহনখি হাযবসি থৌদোক কয়া হাকথেংনখিবদা ফংবা জ্যায়া উৎাল। অঙকপা ফংনা থবেক্লবা অমদি মথৌ নিংথিনা পাংথোক্তবা, ঐখোযনা তত্তনা উই। কঙ্গ্রেস সবকাববু চোপহন্নবগাদমক লাক্লবদা, মখোযগী অপাম্নগী হাযবা তশেংনমক শেংলবনি। প্রদেশ কয়াদা, কলকাবখানানা থল্লা লৈববা কানপুবদা, লম লমগী অফিসাবশিংনা য়ৌনা ফত্তবা লোয়ননা থবক হৈতবগী হ্মাইদগী লংলবা খুদম ফংই; মসিগী অফ ফত্ত অসি খন্ন নৈননিংঙাই ওইবনি। হৌপ্রবা চহি কুন কুম্বা আসদা ধর্ম্মগী তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিংনা অমগা অমগা যৈন শুনবমই হাযবাস তশেংনমক চুমলবনি। কঙ্গ্রেস সবকাবনা অফিস পায়খৎলক্লবদা মযোং খবা খবা তাথবক্লম্মী। হান্না লৈবম্না ফীবম হোংখ্রে, পার্জনীতিগী মাইকৈদা লৌশিনগ্রে, মপুক্লিং থৌগৎপগা লোয়ননা লেংদবা নিয়ম মখাদা শেমগৎ শাগৎখ্রে।

মতিক চাবা অমা ওইনবা মশাবু মপুংমবৈ ফাওনবনা সিভিল সার্ভিসনা মিংচৎ পুবক্লমই। মখোযনা হৈনজববা থবক্কী, গীক্লবা ঙমখৈ রাংমদদি মখোয়গী উপায় লৈবমদে লোযননা মতিক চাদবা হাযবা অদুমক ময়েক শেংনা উৎলমই। মীয়াম প্রজা

পুম্নমকপু, চাং অমদা, চপ মান্ননা নুংঙাইমিন্নহন্নবা থবক পায়খৎপা মখোয়না তমলক্তে; প্রজাগী মতেং অমদি নুংশিনবগী নুংঙাইমিন্নবা মখোযগী ফংবা ঙমলমদে; প্রজাবু মখোয়না কী-তুক্কচনা লোয়নৈ; মীয়াম সমাজগী থুনা অমদি পাকশন্না চাওখৎহন্নবা মখোযগী ব্রাখল লৈবমদে; ব্রাখল খন্থবা ব্রাৎপা অমদি মখোয়গীতা ওইবা নিয়মনা চাওখৎ থৌবমদা অপনবা অথিংবা পীবমই। কনাগুম্বা মী খবা নত্তনা অব্রাংবা ফম পায়বা বৃটিশ অমসুং ভাবতকী মেম্বরশিংনা মসিমক তৌবিবনি। মখোযনা মায়োক্লবা অহৌবা মথৌ তৌবদা মতিক চাদবা অদুমক্লা চৎনবীদগী মখোয়বু তোঙান্না তোপ -তোপ তাহল্লমই।

প্রজা মীয়ামগীদমক তৌবা থবক্তা তশেংনমক মতিক চাবমদে হৈ-শিংলমদে। শক্তি (মপাঙ্গল) নিংহন্বা লৈতবা, মীযামগা তোৎন-তিন্নবা, কনাগুম্বগী অবানবা অচেংবা পায়বগী ব্রাখল অমসুং মদুদা শীজিন্নবা শক্তিনা মখোয়গা মতিক চাদবা হৈশিং-থোয়শিংদববু কুপশিল্লমই; চাং অমদা খংহন্দনা থনমই। মসিদা মকওইনা কান্নবা খবদি লৈবমই; কোঙ্গোলগুল্লবা পুর্ন্স, যানিংদবা-য়েৎননিংবা ব্রাখলগী ইথিল, মথৌ পাংথোকনিংবগী অপাম্বা, মসি পুম্নমক্তা, বৃটিশকী (ইংলণ্ডগী) লৈঙাক চুকলি পায়বা কাংবু অমদি মখোয়বু শৌগৎপা কাংবুগা লেংদনা থম্বা নিতি নিয়ম অমদি মীনুংশিগা অঙকপা ফংনা তাইওয়বমই। মতম কযাগী মমাংদগী মশাগী চৎনবী লৈবকলবা, ভাবতনা, অসিগুম্বা ওন্নতৈনবা থৌদাংগী অঙকপা দশ অমা মতৌ অসুম্না উৎলমই। অবেপ্পা লৈতনা হেনগৎপা শক্তি পায়বা জাতি (সমাজ) অমগী মীহুৎ ওইনা, লৈবাক অসিদা লাকপা, বৃটিশনা, মবা তাববা অহোংবা লৈত্রবা চৎনবোন-লিচৎ-শাজৎ লৈজবা লৈবাকপু, হৌজিক মকোক থোংবা মপু ওইনা লৌশিল্লে; অদুগা ভাবত মচাশিংগী মবক্তা, অসিগুম্না লেপ্পা লৈতনা পাঙ্গল কনখৎপা শক্তি লৈবা কয়া অমা লৈবি; মখোয়সু অহোংবা পুবক্লবা লাংতক্লবি, অহোংবা অসি বাজনিতিদতা নত্তে, সমাজ অমদি অর্থনিতিদসুনি। মখোয়না (বৃটিশ) খংবা ঙমদ্রবা, চং চং লাওববা অনৌবা শক্তি কয়ানা, তশেংনমক, (ভাবতবাসিশিং) ভাবতমচাশিং অসিগী মতুংদা লেপ্লমই। মমাংঙৈদা ভাবত্তা বৃটিশনা শেমগৎ শাগৎপা অমসুং চাওখৎ থৌবাংগী থবক কয়া তৌবম্বা অদু হৌজিক তোকপ্রে; অহোয়নদুম চাওখৎথৌবাংদা অপনবা অমসুং য়ৈখায় থিংগায়বা থোকহল্লে হায়বা অসিমক ওন্নতৈনবা শাজৎনি হায়না চুম্না মযেক লানা উৎলবনি। মকওইবা হীবম কয়া, ভাবতমচাগী মমাংদা পাংথোকপদা, মখোয়গী অফিসকী থবক অসি তপলমই; লোয়ননা মংঙম মমি শাল্লমই। শেংনা অমদি কয়া শীজিন্নবম্বা মখোয়গী ব্রাঙাং শাঙাং অদু চুম্না মখোন চাওজবতা মঙাইবে, চুনদ্রে লোযননা অর্থ য়াওদ্রে।

বৃটিশ অঙম্বশিংনা শন্দোক্লম্বা ব্রাবী অমা মতম শাংনা লৈবমই; মদুদি ভাবত্তা, অচৌবা ফমনাইবগী থবক তৌদুনা, ইশানা ইবৈবাক ঙাকচবদা, থোবক্কদবা তুবৈ-ইবৈ চেনবা অমদি খুদোংথীবা, থোক্লবা, বৃটিশ সবকাবনা ঐখোয়বু তন্বীবমই। বৃটিশনা মফমসিদা লাক্লিঙৈ, তন্বীবগী খুদোংচাবা ঐখোয়দা পীদ্রিঙৈ লিশিং কযাগী মমাংদগী হৌদুনা ইশানা লাংজদুনা ঐখোয়না ঙসিফাওবা চত্থবকলি অদুগা মদুদা ঐখোয়গী মাই পাকত্রবনি। লৈফম থোকপা অফবা গুণ কয়া ঐখোযদা লৈতে হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে অদুগা লান্না লমজিংগ্রবা মীওই কয়ানদি অসুম্না হায় অসিগুম্বা অব্রাৎপা অসি বৃটিশকী শাসন মতমদতা হেনগৎলকপনি। ঐখোয়গী অব্রাৎপা, ঐখোয়না ঙমজদবসি ওইনিংবতা ওইজসনু, অদুম্নদি ওইবগা, লেংদনা তৌবা, সবকাবগী থবক্লা, চাওখৎ খোংথাং মাইকৈদা ভাবতপু লমজিংবতদি তশেংনা মঙমদ্রে হায়বা অসিমদি, ঐখোযদা চুমলবনি। মখোয়গী লৈজবা গুণ অদুমক্তনা মখোয় উপায় লৈজদবনি; পুলিসতা লৈফম থোকপা মগুণ অদু ডিমোক্রেসি চৎপা মীযাম প্রজাগী লৈফম থোকপা গুণ অদুগা য়াম্না থীনা খেৎনৈ। মখোয়না অতৈদা তন্বীগে খল্লকপা ফাওবদা মখোয় মশামক কাবমতা খংদ্রিবনি হাযবসি মখোয়না খঙবা দবকাবনি লোয়ননা মখোয়না তৌকবিবা পুন্বা কাওথেক্লবা "লেঠি" তুবেনগী (নবক লমদমদা চেনবা তুবেনগী মমিং; তুবেনসিগী ঈশিং হেক থকউবদা হাননা খংলম্বা পুম্বা কাওহল্লি) ঈশিংনা হান্না ইকজথোকপা দবকাব ওই।

ওট্রোনেটিক ওইবা সবকাবনা, মকোক ওইবা খুন্তির্জ পায়বা মখোয়গী মশাদা লৈবা প্রজা মীয়ামগী ওইবা প্রদেশ সবকাবগী ফীবম মবিং মবাংলি, অনিগী মবক্তা অঙকপা ওন্নতৈনবা কয়া থোকহল্লি। প্রজাগী নিংতম্না ঙাক্লবা কঙ্গ্রেস সবকাবনা লাংতকৈ, লোযননা সবকাববু (বৃটিশ সবকাববু) য়ানিংদবা ব্রাখল চেনবা, মখোয়না চিংনবা মীওই, অমদি

রাজনীতি ৱালাশিংগী মতুংদা মিগুম্না, কোই-ইন-ইনবা প্রদেশশিংদা লৈবা, সিঃ আইঃ দিঃ (মরান লৈবা থিগৎপা ডিপার্টমেন্টকী মীওই) কয়াবু পাক-শন্না শন্দোক্লম্বা থৌশিল অদু কংগ্রেস সরকারনা থিংখি। মখোয়গী মথৌ থিংউবদা থোয়না হেন্না কনশিন্না বৃটিশ সিঃ আইঃ ডিঃ শিংনা থবক পায়খৎলমই। অফিসকী চৎনবী নত্রবসু য়াম্না ইংনা ঐখোয়দা চিঠি পুম্বা হান্না পাথোক্তুনা য়েংবতা নত্তনা মন্ত্রিশিংনা পীনবা চিঠি ফাওবা ফাক্তুনা য়েংলম্মী। ভারতকী মনুংদা থাজনবা, লৈবা ভারতমচা নত্রগা মীরৈবাক মচাদা, কুমজাসিগী থা ৩ লোমসিদা ঐহাক্না চিঠি অমতা ইখিদে; লোম্না ফাক্তুনা য়েংখিনি নত্রগা শিন্দোকখিগনি নত্রগা উখিগনি হায়বসু খংলমদে। ঐহাক্না ফোন্দা ৱারী শাবদা টেপ লৌখিবা য়াই হায়বা ঐহাক্না নিংশিংলুদ্রবসু ঐহাক টেলিফোন্দা ৱারী অমতা শারমদে। ঐহাক্কী খুৎ য়ৌরকপা চিঠি পুম্বা ঙম্না সেন্সর তৌবা ঙাক্নি। চিঠি মচা-মগু পুম্নমক তকখত্তুনা সেন্সবী তৌবা মক্তি নত্তে। অদুগা মতম পুম্নমক্তা তৌদ্রবসু মখোয়না খনগৎপা খরদি অদুম মতৌরে (ফাক্তুনা ময়েংঙে) হান্না হন্না অনি-অহুন্নক হন্না সেন্সর তৌরবসু মদুনা লাঞ্জাওনা কবিসু তৌবা ঙমলমদে। লাইবক ফবদি ঐখোয়না তৌবা থবক্না লমহাং তুহাংদনি; রাজনিতিগী অকনবা থবক লৌখৎপগা লোয়ননা পাংথোকপদা অরোন-অথুপকী ৱাফম কবিমতা য়াওদে। অরেপ্পা লৈতনা সেন্সর তৌবা, হংবা, টেপ লৌবা, করি ঙাংনরিগে লোম্না তাবা অসুম্না তৌবসি খঞ্জিল্লুরগা নুংঙাইতবা পোকই। মসিনা শাওবা পোকহল্লি, চৎলৈ, অদুদগী হেন্দুনা মরূপ মপাং ওইনা লৈনবিবা মবীদা অকায়বা পী। মি-না তুংইনবগুম, সেন্সরনা লেংবান্দা তোংদুনা লাল্লম্বনা চিঠিনচিংবা, ই-নিংবা মওংদা ইবদা তরায়না থোক্তে।

মন্ত্রিশিংনা কন্না থবক নোমলমই; লম্না লম্না (নক্কত্তুনা)কন্না শুবনা মখোয়গী হকচাং পাঙ্গল ময়েংতারমই। হকচাং ফৎচিল্লক্তবনা, মশাদা হৈনিংবা পোক্লমদে তন্দে মান্দে তৌবমই। তৌদবা য়াদবা থবক্কি চৈনা য়ৈবনা মখোয়না চে কন্না শুরমই লোযননা আইঃ সিঃ এসঃ সেক্রেটরিশিং অমদি মখোয়গী ষ্টাফসু থবক কন্না শুহল্লমই; নুংথিন অথেংবা ফাওবা থাওমৈ থানগত্তুনা শুহল্লমই। ১৯৩৯ নবেম্বর থা হৌবকপদা কংগ্রেস সবকাবনা থবক থাদোকপ্রবদা অফিসতা লৈবা কাংবুনা ৱানা থবক শুরুবগী অৱাবা নুংশ্বাশর মপী হোন্দোকনখি; মতমদুদগী হৌদুনা চাং নাইনা অফিস পুম্বা নুংথিন পুং ৪ দা অফিস কুম্নবমই; মহৌশানা মখোয়না হৈনজরকপা মতুংইন্না ক্লবকী কাদা থোং লোনশিন্দুনা তিন্নবা হৌখি; প্রজা মীয়াম্না অফিসতা চংজকবদা তবাম তরাম তৌবীখিদে। মহৌশা চৎনবম্বা কায়দনা হঞ্জিন্না চৎথনখি; অফিসকী থবক-খোংজেন হত্থবকই; নুমিৎ যুংবা মতুং অমদি নুংথিন্দা ৱাইশংনা শগোলকাংজৈ, টেনিস, ব্রিজ অমদি ক্লবকী নুংঙাইবা মখল মথেন কযাদা লুপ্তুনা লৈনবমই। অৱাবা মংলান থোকপ্রে; মহৌশা মতম অমদা তৌববগুম মখোয়না পামজবা হৈনজবা মওংদা অমুক নৌহৌননা চথখিবমই। তশেংনমক লাঞ্জাও হৌগৎলকলে, লাপ্পবা লমদম ইউবোপতা, হিটলারগী লাম্মীনা পোলগু নৈখাযবকলে। থোকইবা থৌদোক অদু ইউরোপতনি য়াম্না লাপখ্রে; তৌবসু মদু অরানবা লান্নি। লাম্মীশিংনা মথৌ পাংথোকপা ওইনা লাম্থেংনরমই; মথৱাই থানরমই; অসিদসু (ভাবত্তগু) লাম্মীশিংগী তৌফম থোকপা মথৌ কয়া লৈরমই; অত্তৌবা মীশিংগী; (সাহেবশিংগী) মথৌদাং দামী মশক থোক্না, ইজৎ য়েংনা পাংথোকপদা লাম্মীশিংগীসু থৌদাং চাওনা য়াওরমই।

কংগ্রেস সরকারনা অতেনবা মতম খরদং প্রোভিন্স খরদা থবক তৌরম্বা অদুদগী থাজবগা লোয়ননা খংলমই মদুদি বাজনিতি (ৱায়েন থৌদাবগী থবক) অর্থনিতি (শেঙ্গুম শীজিন্নবগী থবক থৌওং) মতাংদা বৃটিশনা চত্থরম্বা মওং অসিনা ভাবত্তা চাওখৎ থৌরাং পুরকপদা অচৌবা অপনবা থোকহনখি। মহৌশাদগী চৎনবকপা লমচৎ শাজৎ, সমাজগী ফীবম অমসুং হৈনরকপা পুম্নমক অসিনসু চাওখৎ খোংথাংগী লম্বীদা অচৌবা পল অমা ওইরমই হায়বসি তশেংনমক অচুম্বনি; অদুগা চৎনরকইবা অদুমক হেক থাদোকপসু য়াবা নত্তে। ভাবতকী শেঙ্গুমগী মতাংদা মীরোন কয়া মীথাং পুথাং য়ৌনা চথরকইবা অসিমক বৃটিশকী চেংনা চলায়বা রাজনিতি অমসুং অর্থনিতিগী থৌবল্লা হেক ঙমখৈহনবমক্তি নত্তে। সমাজদা অহোংবা কয়া পুরকপা মতমসিগা চুন্নদ্রবা চৎনবী অমদি ধর্ম্মগা মরীলৈনবা থবক থৌওং কয়া থুপচিনবা অসিপুম্বা পাংথোকপগা লোযননা চাওখৎলম পাক শলহনবদি য়োৎকী শম্বলনুংদা লৈববসু শোযদনা তৌদ্রবা য়াদবনি। অসিগুম্বা য়োৎকী শম্বল অসি লৌথোক্রবা খনবদা পুক্রিং চংবা তাবনি; অতৈ হীরম কযাদা পাঙ্গল ফুদেক্না হোৎনবনা মহৈ কবিমতা পুরকপা ঙমলোই; হায়রিবা অসিমক পাংথোকপদি লৈঙোইঙাক্ত ওইবা লৈবাক্তা লাঙ্গোল খোয়বমুক লায। য়োৎকী শম্বলনা তৌগে তৌরবদা মশা মতোম ঙাকচবা,

জমিদাবী তংখায় চংবা নিয়ম ঙাকপা, লোয়ননা হৌপ্রবা মতমগী ওইবা অতেক অকায় ঙাকচগে হায়বা মঙাই। বৃটিশকী বাজনিতি অর্থনিতিগী মওং মতা অসিমক লৈন-লৈনা ভাবত্তা কবিগুম্বা মখলগী ডিমোক্রেসি পুশিল্লকপা ওইথোক্তবনি; লৈবিবা অনি অসিমক অমগা অমগা য়োৎশিন্নবা শয়েংপাম্নোম ঙানবকপা শোয়দবনি (ফল্লাংদা লৈতুম থাবগুম্বনি)। মরমসিনা ১৯৩৭ ৩৯ দা মচেৎ খবওগী ওইনা চৎনবকইবা ডিমোক্রেসি অসি খৎননিং খৎননিং তৌনা লৈবা উই। মরম অসিনা বৃটিশ অফিসারশিংনা খল্লম্বদি ভাবত্তা ডিমোক্রোসি অসি মাইপাক্লা চৎহনবা য়াবোই হায়বা অসনি; মখোয়না পামজবা মখোয়না শাগচ্চবা মকওইবদি শেন তানবা অমদি শেনতানবদা চংগদবা থবক থৌবমতদা ওইবনা মসিগী লমদা মখোয়না ডিমোক্রেসিবু খল্লুবর্তনি। মখোয়গী কান্নবা মখোয়না খুদুম চন্না থম্বা য়াবা মখলগী ডিমোক্রেসিদি মখোযনা, পামজববসু মাদু ওইথোকপা খক য়াদে, মকাদগী হৌনা হোংবা য়াবা মবম পূন্নমকতা মখোয়না খন্নদুনা য়েংলবনি, অদুবু বৃটিশকী শক্তি মাংদনবা মান্নবা কযা মওং হোংবা তাববসু মখোয়না পামজবম্বদি লৈবাক পূম্বসিগী তৌবা ঙম্বা শক্তি পুম্বা মখোয়না পাযশিনবা লোয়ননা ডিমোক্রেসিগী মওং তাবকপা য়াবা. মকওইবা মচাক পুম্বা মকফংনা মাংহনবা অসিনি। মখোযনা রাখল অসিগী অযৌবা থাক্তা চাওখৎহন্নবা, খাইনা খন্নববা মান্নবা অমদি ইউবোপতা হৌবকইবা অমদি হেনগৎলকইবা ফেসিজম অদুনি। ভাবত্তা চাওথোক্লা বৃটিশনা নাপল তৌনা চৎহননিংইবা আইন অমসুং আইনগী কলদি মখোয়না খুদুম চল্লিনা লৌবাক অদুগী চান চানবা ওর্ডিনান্স, ডিগ্রি শেমগৎতুনা মখোয়গী অনিংবা মতুংইন্না চখবনি।

# নিপানশুবা পন্দুপ

## মঙাশুবা তাংকক

## মীশিং য়ামদবা কাংবুগী ব্রাফম

# মুস্লীম লীগ ।। মিষ্টর এমঃ এঃ জিনা

হৌখিবা চহি তরেৎকী মনুংদা, মুস্লীম লীগ থোরকপা অমদি মরৈমপুং ফাগৎলকপা অসি লৈবাক অসিগী ওইরকইবা ফীবমগা চান্নদবনি। বৃটিশনা শৌগৎপনা, ১৯০৬ তা লীগ অসি শেমগৎখিবনি; হৌগৎলকইবা মুস্লীম নহারোলশিংবু নেশনেল কঙ্গ্রেসতা য়াওহন্দনবগীদমক, লীগ অসি শেমখি; লৌয়াম চাবা মহাজন খরদনা লুচিংদুনা ইনাক কৈরাক খুনবা, নুংঙাই য়াইফবা মীওই খরগী ওইবা সংস্থান ওইনা লৈরমই। মুস্লীম মীয়াম প্রজাদা লীগ অসিনা করিসু তৌবা ঙম্লমদে; মখোয়না সংস্থান অসিবু মশক ফাওবা খংলমদে। মসিগী সংবিধান (কনষ্টিটুসন) মতুংইন্না মসি মী কাংলুপ মচা অমতগী ওইনা তৌরমই অদুগা মসিগী লুচিংবসু পুন্সি চুপ্পগী ওইনা তৌরমই। অদুম ওইনমক, থৌদোক কয়া অমনা, অর্মদি মুস্লীম প্রজা মীয়াম মরক্তা য়াওবা ময়াই ওইবা য়ুম্বানগী মীওইশিংনা, সংস্থান অসি কঙ্গ্রেসতা তিনশিন্নবা কয়া তর্কশিল্লমই। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও, টর্কীগী খিলাফৎকী (কালিফৎকি) মরাইবক, অর্মদি মুস্লীমগী অশেংবা লাইশংগী মতাং, অসি পুন্নকর্সিনা ভাবত্তা লৈবা মুস্লীমশিংদা কল্লবা ৱাখলগা ইথিন অমা ফুজিল্লখি মদুনা মখোয় পুন্না বৃটিশকী মায়োক্তা লৈহনখি। মতমদুদা শেমপিবা মুস্লীম লীগনা, ভাব তারক্লবা অমদি মপুক্তা লাংতক্লবা পোক্লক্লবা মুস্লীম মীয়ামবু লমজিংবা ঙমখিদে অমদি মখোযগী লুচিংবা পুথোকপা ঙমখিদে; মখোয় মশেন য়েংথিনবদুম হেনগৎলমই লোয়নননা মশা মতোমতা শিথরকখি। খিলাফৎ কমিটি মিংথোন্দুনা কঙ্গ্রেসকা খুৎ শম্নদুনা অনৌবা মুস্লীম সংস্থান অমা থোরকখি। মুস্লীম ময়াম অমসু কঙ্গ্রেতা য়াওশিল্লকখি, মখোয়না কঙ্গ্রেসকী থবক কয়া পায়খৎলর্কখি। ১৯২০ ২৩ দা থোকখিবা নন কোওপরেসন মুভমেন্ট (মতেংপীদবা লালহৌ) অদুগী মতুংদা, ফীবম তারকপনা – টর্কীগী খিলাফৎ মাংখিবনা খিলাফট কমিটি অদুসু মমি শামথাখি। মুস্লীম অয়াম্বা রাজনিতি থাদোক্লখি অদুগা রাজনিতি য়াওরম্বা হিন্দুগী মশীংসু ময়েং তাথখি। অদুম্নদি ওইরগা মুসলমান কয়ামদি মরুওইনা ময়াই ওইবা য়ুম্বানগী মুসলমান অয়াম্বদি রাজনিতিদগী তোকপা তৌদনা কঙ্গ্রেস য়াওশিন্দুনা কন্না নোমখি।

মতম অসিৱাইদা অপীকপা মুস্লীম সংস্থান কয়া ঙহাক ঙহাক্কী ওইনা শেমগৎনরকখি; সংস্থানশিং অদু ঙহাক লৈতনা অমগা অমগা খৎনরমই। মখোয়গী মরক্তা ময়াম অমতা ওইনা পুনশিন্নবা তৌদে; বৃটিশ সরকারনা মখোয়গীদমক তৌবীবদু নত্তনা মখোয়গী ওইনা, রাজনিতিগী ওইবা মরুওইবা কান্নবা অমতা মখোয়না তৌরমদে। আইন শেম্বদা অমদি সরকারগী থবক তৌবদা মখোয়গী ওইবা কান্নবা খুদোংচাবা থিবা অর্মদি মখোয়গীদমক ঙাক-শেন্নবা তক্লবনা হায়রিবা সংস্থানশিং অদুগী মরুওইবা থবক ওইরমই। অসিগুম্বা মতাং অসিদা মখোয়গীত ওইবা মুসলমানগী অয়েপ্পা ৱাখল লৈজবমই; লাইরিক লাইশু তম্বদা, অফিসকী থবক তৌবদা অমদি খুৎশা হৈবগী থবক্তা লোয়নননা অতৈ হীরম কয়াদা হিন্দুনা মকোকথোংবা হেক হেক ওইবসিদা মখোয়দা অকীবা, য়ানিংদবা, মখোয় ময়ামগী অমতা ওইনা ৱাখল চপ মান্ননা লৈরমই। মিষ্টর এমঃ এঃ জিনা ভারতকী ওইবা রাজনিতিগী শিনফমদগী পোথাখি অদুদা নত্তনা মহাক্না ভারত থাদোক্লুনা ইংলণ্ডদা লৈখি (খুন্দাখি)।

১৯২০-২৩ গী নন-কোওপরেসন মুভমেন্টনা নিংঙাইরমদ্রবসু ১৯৩০ গী অনিশুবা সিভিল ডিসওবিডিয়েন্স মুভমেন্টতা (সরকারনা হায়বা ইন্দবা অন্দোলন্দা) মুসলমানশিংনা চাওরবা থৌদাং য়াখি। অন্দোলন অদুগী মরীদা ফাদুনা

জেলদা থর্মখিবা মীশিংগী মনুংদা য়ামদ্রবদা মুসলমান ১০,০০০ য়াওখি। মুসলমান ঙাক্তনা নমনা লৈবা (চাদা ৯৫ না মুসলমান ওইবা) অৱাংনোংচুপ ঙমখৈগী প্রোভিন্সনা অন্দোলন অদুদা লুচিংখি লোয়নন্না শিংথানবা য়াববা শকক য়াখি। প্রোভিন্স অসিদা লৈব পঠান লুচিংবা, হংনবা লৈতনা খংলবা, নুংশিব্লবা, খাঁন অব্দুল গফব খাঁনগী মশাগী তৌবা মগুণ, মতিক মথৌনা অমদি মানা তৌখিবা অকনবা থবক্লা মদুমক ওইখিবনি। লাক্লবা ৱাববা, খংনগল্লবা মহাক্কী মীয়াম্বু, আব্দুল গফব খাঁননা ভাব তানা শান্তি ওইনা বাজনির্তিগী অকনবা থৌদাং লৌহনখিবা লোয়নন্না অৱা-অনা কয়া নংহর্নখিবা অদুদগী হেন্না ঙকনিংঙাই ওইবা, মতমদুদা ভাবত্তা থোকখিবা শিংথানবা য়াববা থৌদোকশিং অদুগী মনুংদা য়াওদে। মদুদা ৱানখিবা অদু তশেংনমক অকীবগী মশকনি, খজিকত নিংশিংলুবদা মখা তাথনা মথং মথং নিংশিংনবা ঙমদে; মখোয়গী হায়বা ইনবা, ইন্দ্রি খুদুম চনবা, মশাবু মশানা ঙাকচবা অদুমক্তনা, মখোয়না মায়োক্লবকপা অতে অমদি বৃটিশ সবকাবগী মথক্তা খুৎথোক্লবা থবক অমতা পঠানশিংনা তৌখিদে। পঠান অমনা মাগী মচিনমনাওদগী,মাগী নোংমৈদুনা হেন্না নুংশিজে, পঠান অমবু ইবাই লাইনা মবাইকাহনবা য়াই, খজিক হেক শাওনবকপতদা অমগা অমগা হাৎনবগীদমক পঠানদি মমিং চৎলিবনি; অদুবু মখোয়না তৌখিবসি নিংশিংলুবদা মখোয়গী মশাগী হায়নবা অমা ঙাক্লা চৎনবা, ডিসিপ্লিন অদু মতম খবগীতা নত্তবা অঙকপনি।

অব্দুল গফব খাঁনগী লুচিংমখাদা লৈদুনা ঙমখৈ ওইবা প্রোভিন্স অদুনা মবা চেৎনা খোংফম লেংদনা নেশনেল কল্গ্রেসপু শৌগত্তুনা লৈখি; মদুগা লোয়নন্না অতে মফম কয়াদা লৈবা বাজনিতিগী জ্ঞান লৈববা ময়াই-য়ুম্বানগী মুশলমান ময়াম অমসু নেশনেল কল্গ্রেসপু শৌগৎখি। লৌউশিংবা অমদি থবক শুবগী লমদা খুমাং চাওশিল্লবা ইউনাইটেট প্রোভিন্সকুম্বা মকওইনা প্রোভিন্স কয়াদা লৈবা লৌমী শিন্মীশিংগী মফমদা লৈবা কল্গ্রেসকী শক্তি অদু শিংথানবা য়াবম্মী। মুশলমান পম্লমক অমতা ওইনা থায়নগী লম লমদুগী ওইবা জমিদাবগী মখাদা লৌউ শিংউদুনা জমিদাবনা মখোয়গী লুচিংবা ওইনা লৈবা অদুদা অদুম হঞ্জিন্দুনা লৈনবমই; হিন্দু অমদি অতৈগা মায়োক্লবদা মদুতনা (ফিউষডল লিডবসিপকী মখাদা লৈবতনা) মখোয়গী কায়বা ওইজবা পুবক্কনি থাজনবমই; মসি থোযনা চুম্মল্লবা ৱাফমনি।

তোঙান তোঙানবা কাংলুপকী মবক্তা, য়ানবা অমা পুবকপা হায়না হায়নবিবা অসিমক, মীশিং য়ামজদবা কাংলুপকী পামজবদু থুংহল্লবনি লোয়নন্না মীশিং য়াম্বা কাংলুপনা পায়খৎলকপা থবক্তগী মতিকচানা ঙাকশেন্নবনি। মসিসু নিংশিংবা য়াই, ভাবত্তা লৈবিবা মীশিং য়ামদবা কাংলুপ অসি ইউরোপতা তৌবগুমনা জাত্তি নত্রগা সম্প্রদায়গী ওইবা নত্তে; ধর্ম্মগী মতাংদতা মীশিং য়ামজদবনি। সম্প্রদায়গী মতাংদা ভাবত অসি মচেৎ কয়া থোক্লবনি; অঙকপা ফংনা য়াম্নশিল্লবনি, অদুবু সম্প্রদায়গী মবমদদি কবিমতা হায়নবা লৈতে লোয়নন্না ভাবত্তা মসিগী ঈহৌ কবিমতা লৈতে। ধর্ম্মতনা সম্প্রদায়গী মান্নদবসি থোকহল্লিবনি, অসুম্না মান্নদবা অসিসু অমুক অমনা অমদা য়াওশিল্লি; কনানা কবম্বনো খংবনা য়াম্না ৱানা থোকই। ধর্ম্মগী ওইবা পন অসি তশেংনা অবেপ্পা নত্তে; মবমদি ধর্ম্ম অমদগী অতোপ্পা, ধর্ম্ম অমদা য়াওশিনবা য়াই; কনাগুম্বা অমনা মানা চৎলিবা ধর্ম্মদু হোংবদা মাগী য়েলহৌঙদগী লৈবকপা জাত্তিগী য়ুম্ফম মাংখিগদবা নত্তে নত্রগা মাগী কলচব অমদি লোন মাংখিগদবসু নত্তে। শেংনা তেক হায়ববদা, মমৈথংদা ধর্ম্মনা ভাবতকী বাজনিতিগী চয়েৎনবদা কবিসু তৌবা ঙমদে; অদুবু ৱাগী মতাং মতুং ইন্না অদুক হায়জবা অমদি নুংঙাইহন্দবতনি। ধর্ম্ম খেৎনবনা মতাং অসিদা কবিসু তৌদে (ওইদে) ধর্ম্ম তিন্নদবা মবক্তা মশা মশাগী নুংঙাইনদবা অদুক লৈজবতনি। বাজনিতগী মতাংদদি কাংলুপ নায়নবনা ধর্ম্ম খেৎনবগী মহৎশিনত্রে; পুকচেন পীক্লা মীওই খবতগীদা ওইনা খনবা অদুনা ধর্ম্মগী লমদা চিংশিল্লক্লবদি মদু য়াম্না খুদোং থীনিংঙাইনি; শেংনমক হায়ববদা শক্তি পায়বা বাজনির্তি ৱালানা অমদি অদুগুম্বা বাজনিতিৱালাবু শৌগৎপা কাংবুনা মখোয় কাংলুপ অদুতগী ফনবা য়েংবনা অসিগুম্বা খেৎনর্বসি থোকহনর্বনি।

মবী লৈনবা কাংলুপ কয়াগী অযাবা য়াওনা কাংলুপ খাযবগী ৱাফম অসি শান্তাযনবা কল্গ্রেস অমর্দি অতে সংস্থান কযানা হন্না হন্না হোৎনববনি। খবমখৈদি মাইপাক্লবনি, অদুম্নদি ওইবগা বৃটিশ সবকাবগী পোলিসি অমদি বৃটিশনা সবকাবমক যাওশিল্লকপনা, মবা-তৌফমদা অকবা মবম খবদি অদুম মবৈবি। মহৌশানা বৃটিশ সবকাবনা অসিগুম্বা তাইশিন্নবা অমদি য়ানবা অমা পুবকপসি শুপাম পামলমদে, মবমদি মখোযগী ময়োক্তা হৌবিবা বাজনিতিগী ঈহৌ অসি, হৌজিকমক মীয়ামগী

ওইনা হৌবকলিবা অসিগী মপাঙ্গল হাপখিগনি হায়না মখোয়না চিংনৈ। তোপ তোপ্পা মখলগী খুদোংচাবা পীদুনা মাইকৈ অমগা অতোপ্পা মাইকৈ অমগা য়েংথিনহন্দুনা বৃটিশ সবকাবনা মাইকৈ অমা ওইদুনা হৌজিক ত্রিভূজ অমগী মতাংদা লৈনবি। পার্টি অসিনা শিংলবদি খুদোংথীবসি কোকহনবা ঙমগদবনি; অদুবু হাযবিবা পার্টি অনিমক স্থান অমতা য়াওদে লোযননা তুংদা থোক্লগদবসু মাংজৌননা উবা ঙমদে। য়ানবা অমা হেক পুবকপগা সবকাবনা অনিগী য়ানবদু মথক মখা ওন্নবা থবক অমা হেক্তা লৌখৎলকই।

লীক ওক নেশসন্সনা লৌখৎলকইবা মীশিং যামদবগী ঙাক্লবা লৈবিবা মহৌশাগী নিযম অদুগী মতাংদা শৎনবা য়ানদবা কবিমতা লৈতে। মদু পূম্নমক যানববা ঙাক্তি মীপুম্নমক্তা চপ মান্ননা শকক যাববা ডিমোক্রেটিক কনষ্টিটুসনদা যাওবিবা মক হৌবকফম ওইবিবা কনষ্টিটুসনগী তাংককশিংনা ধর্ম্ম, কলচব, লোন, মীখুদিংনা ফংফম থোকপা, মীযাম সমাজনা (কাংলুপনা) ফংফম থোকপা বাইট পূম্নমক ঙাকশেল্লি লোযননা শোয়দনা ফংহনগদবনি হাযনা তাকলি। মসিকাশু শুনং নত্তনা, মীশিং যামদবা কাংবুগী অমদি তোঙান তোঙানবা সম্প্রদায় কাংলুপকী মথৱাই নুংঙাইহনবা অমদি ৱানা খাংখিবা পুম্না ভাবতকী ইতিহাসনা সাক্ষীনি। হৰ্কচিনবা ধর্ম্মশিংগী য়েংথিনবগা ইউবোপতা থোকখিবা ধর্ম্মগী য়েংথিনবনা হাৎনবগী দণ্ডি ফাওবা পীখিবগা, অনিগী চাংদম্নবা, ভাবতকী ইতিহাসতা কবিমতা য়াওদে। মবমসিনা ধর্ম্ম অমসুং কলচব অনি অমগা অমগা ঙাকথোকনবা য়েংথিনবগী ৱাখল থিজন হুমজিন্‌জনবা লাপ্পা ঐখোয়না চৎলুগদবা নত্তে; ভাবত প্রজা অমগী পুন্সিগী মসি খুৎথাং য়ৈনা লাকলি। মীপুম খুদিংগী লৈফম থোকপা পোলিটিকেল বাইট অমসুং সিভিল বাইটকী মতাংদা ফ্রেন্স বিভোলুসন (ফেন্সতা থোর্কখিবা লালহৌবা) লোযননা আমেবিকা বিভোলুসন অমদি বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টকী কনষ্টিটুসনগী ৱাবীনা ঐখোযবু চিংদুনা হোয়বি। শক্তি লৈনা পামহনবা অর্থনিতিগী মতাং অমা ঐখোয়গী ৱাখলনা হাপচিন্নবা, সোসিএলিষ্টকী, ৱাখল লোযননা বশিয়াদা থোর্কখিবা লালহৌগী শক্তি খবা কোম্বনা লাকখি।

মী অমগী অমসুং কাংবু অমগী অসিগুম্বা বাইট পুম্নমক মপুংফানা ঙাকপদগী হেন্দোক্লনা, মীচম প্রজা অমগী লোয়ননা মী কাংবু অমগী মপুংফানা পুবক্কদবা চাওখৎথৌবাংগী লম্বীদা অথিংবা চাওববা পল ওইবিবা, অবানবা বিচাবনা সমাজগী অৰ্মদি চৎনবীবু মবান শিবিবা অসিগুম্বা পল অসিবু লৌথোক্লবা ষ্টেট সবকাবনা অৰ্মদি লনাইগী ওইবা উপায়না হোৎনবা যাবামখৈ হোৎনগদবনি হায়বসি খ্বাইনা য়ানববা ৱাফমনি অদুগা লাইবিক লাইশু হৈবগী মতাংদা লোযননা শেম্ভুমগী ফীবমদা শোম্বহৌববা কাংবুবু মখোয়গী ঙমজদবা পাংজদবা অসিদগী হেক য়াবমখৈ থুনা নাম্ভোকহন্নবা মতেং পাংখীগদবনি হায়বা ৱাফম অসিসু য়ানববা ৱাফমনি। নমগদুনা থমলবা কাংবুগীসু অদুমঙাই। সহবদা লৈবা মী অমনা ফংফম থোকপগী মতাংদসু নিপা অমনা ফংইবা অদুমক নিপী অমনা ফংগদবনি হায়বসি হান্না লৈপ্রবনি।

কর্বিদি ৱাৎলি ? বাজনিতিগী মতাংদা মীশিং যাম্বা কাংবুনা মীশিং য়ামজদবা কাংবুবু মকোক ঙাওহল্লে হাযনা কীনবি। ইচম চম্না হাযববদা, মীশিং য়াম্বা হাযবগা, লৌমী, শিম্মী অমদি মতম শাংনা মীবৈবাক্কী লৈঙাক শাসন্দা আইন্দা নত্তনা মখোয়গী মবক্তা লৈবা মথক থোংবশিংনা তুহৎপীদুনা লৈবক্লবা মাগী মাগী ধর্ম্মতবু থাজজববা মী কাংলুপ কাংলুপ্পসু খৎনৈ। ধর্ম্ম অমসুং কলচবনচিংববু মপুংফানা ঙাকশেনববা শোযদ্রে খংলবদা মকওইনা লৌখৎফম থোকপা থবক্তি শেম্ভুমগী মতাংনি; মসিনা মীওই অমতগী ওইবা ধর্ম্মগা কবিশু মবী লৈনদে। ধর্ম্মনা ধর্ম্মদুগী ওইবা তৎথানবা যাদ্রবা শককপু মহুৎশিল্লকপা নত্তনা, ধর্ম্ম অমগা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমগা খৎনবকপা তৌবোই; খৎনগে হায়ববদা, কাংবু কাংবুগা ওইনা অতোপ্পা কাংবুগা খৎনবক্কদবা মঙাই। অদুম ওইনমক, মাগী মাগী ধর্ম্মগী লম্বীদা খল্ল নৈনবসি মী পুম্নমক্তা অচৌবা কাংলুপকী ধর্ম্ম সংস্থানশিংনা অমদি সবকাবগী ওইবা থবক্তা, অসুম্না তৌবা অসিবু তত্তনা থৌগৎলকলি অদুবু, অচৌবা ধর্ম্মগী কাংলুপনা, হায়বদি হিন্দুনা অতৈবু শুহৎলি; মুশমান কয়াগী ৱাখলবু মখোযনা (হিন্দুনা) চিংশিন্নবা লেপ্তনা হোৎনবি, মসিমক কীনিংঙাইনি। নিংতম্বা ওইনসু লৈব্রবা, মুশমানগুম্বা মশীং যামজদবা কাংলুপকী মনুংদা চাওববা কাংলুপ অসিগী পামজনবু মীশিং যামই হাযবিবা কাংবুনা (হিন্দুনা) কবম্না থুগাযদৌবিবনো মসি মবম চাফাত্তে। কীনাংঙাই ওই হায়বিবা অসিমক মবম চাদে।

মুশলমানশিংগী (মমৈথংদা অতৈ অতৈ হেন্না পীকপা কাংলুপশিংগী) তোঙানবা ভোটবগী কাংলুপ শেমগ্রে; মখোয়গী লৈজবা মীশিংগী পীফম থোকপা সিট (ইলেক্সন কাবা মীশিং) মশীংদগী হেন্না সিট পীগ্রে। বিধান সভাদা মখোয়গী মীশিং লৈফম থোকপদগী হেন্না লৈববা ফাওবদা মাইনোবিটিবু মেজোবিত্তিগী ওইহনবা ঙমদ্রে। তোঙানবা (মীশিং য়ামদবগী) ইলেক্তোবেৎনা মশীং য়ামলকপনা থবক্তদি হেন্না ফংহন্দ্রে; মবমদি মীশিং য়াম্বা কাংবুগী অককপা ইলেক্তোবেৎনা থৌশিল অসিদা মখোয়গী ওইজবা মাংহল্লে হায়নবকলে; কেণ্ডিডেৎ অমনা মাগী লৈজবা কাংবুদা হায়জবা মতমদা ইলেক্তোবেৎ ময়াম পুনশিল্লগা মশানা তৌফম থোকপা মখোয় মশেন পুন্না খন্ন-নৈনবা, য়ানবা অমা পুবকপা, অদু শুকয়ামক য়াহন্দ্রে। মীশিং যামদবগী মকওইবা ওইজবা শোকপা হীবমদা, মীশিং য়াম্বা কাংবুগা ধর্ম্মগী ওইনা মীশিং য়ামজদবা কাংবুগা য়ান্নবক্তুবদি মীশিং য়াম্বা কাংবুগী মশানা হেনফম থোকপা ভোৎ মশীংনা হেল্লে হাযদুনা অদু লেপপা য়াবোই, হীবম অদু মীচংমীখাই নাইদবা জুডিসিয়েল ত্রিবুনেল অমদা শীন্নগনি নত্রগা পৃথিবীগী ওইবা ত্রিবুনেলদা শীন্নগনি, মখোয়না তাবকপা য়াবেপ্লা অবেপপা অবোইবা ওইগনি হায়না কঙ্গ্রেসনা চথনখ্রবনি লোয়ননা থন্নখ্রবনি।

ডেমোক্রিটিক্কী চৎনবী নিয়ম মখাদা কবিগুম্বা ধর্ম্মগী, মীশিং য়ামদবা কাংবুদা নত্রগা মশানা য়ামজদ্রবা কাংবুদা হেননা কনবা, কবম্বা ঙাকশেনবগী থবক পুগদগে হায়বসি খনবদা লুনা থোকই। মসিমসু নিংশিংনবা যাই, প্রোভিন্স খবদদি, মুশলমান্না তশেংনা মশীং য়ামদবা য়াওবি, অদুগা প্রোভিন্সশিং অদুনা ওটোনোমস (মশানা লৈবাক্কী খুর্জ্জি পায়জবা) ওইববদি, ভাবত অপুন্বদা (চৎনবিবা) নিযম মখাদা, মখোযনা পামজবা মতুংইন্না, হেন্না মশীং যামলবা মুশলমানশিংনা মনিংতৌনা থবক পাযখৎচবা যাবমই। কেন্দ্র সবকাবদসু মকওইবা চাকথুং তশেংনা মুশলমানদা থুংই। মুশলমান্না মীশীং হেন্না লৈবা প্রোভিন্সশিংদা কাংলুপকী ওইবা ধর্ম্মগী মতাং'সি ওন্নতৈননা চৎলি; মবমদি মফমশিং অদুদা মীশিং য়াম্বা মুশলমানশিংগী মহুত্তা মীশিং যামদবা কাংবুশিংনা (হায়বদি হিন্দু অমসুং শিখশিংনা) মখোয়বু ঙাকশেনবীনবা দাবী তাল্লি। অসুন্না পঞ্চাবতদি মুশলমান হিন্দু-সিখনা ফুঙ্গা নুংদুম শানা লৈ। মফমদুদা মুশলমানশিংগী তোঙানবা ইলেক্তোবেৎ লৈববদি অতৈনসু মখোয়গী ঙাকপী শেনবীনবা দাবী তৌই। অমুক্তং তোঙান তোঙানবা ইলেক্টোবেট লৈহনখ্রবদি, কাংবু মচা মচা থোক্লা খায়দোক্পা, কাংলুপ নায়নবা অসি লোয়বা লৈতে, মদুদগী খুদোংথীবা কয়া থোবকই। তশেংনমক, লৈর্জববা মীশিংগী লৈফম থোকপা মীহুৎ মশীংদগী হেন্না তানা (মশীং তানা) মীদু লৈহল্লবা মীশিং য়াম্বা, কাংবুগী য়েংদনা মীশিং যামদবা কাংবুগী মীহুৎকী কান্নবদু য়েংবা তাবনি। মসিনা কবিগুম্বদা মবিন তাওবা মহৈ (ফল) পুবকই; মকওইনা ইউবোপীয়ানগী মীশিং হেন্না লৈবা বেঙ্গলদা মীযামগী পীবিবা (থমইবা) মীহুৎ অসি হেক ওইবা য়াবমখৈ মশীং হম্বহল্লবনি। লেপফম থোকপা মশীং অককননা লেপতুনা লৈববা প্রোভিন্সকী বিধান সভাদা, ফীবম য়াম্না শোন্দুনা লৈ হায়না, ভাবতনা নিংতম্নবা লানজং অমদি ভাবতকী বাজর্নিতিদা মশক নাইবা থৌদাং লৌবিবা, বেঙ্গলদা লৈবা অহৈ-অশিং কযানা, য়াম্না থুনা খংখ্রবনি।

কঙ্গ্রেসনা অবানবা কয়া তৌখ্রে, তৌইগুম্বসুং মদু য়াকৎ নত্রগা থবক পাংথোক্লবা তৌদ্রবা যাদবা মবীলৈনবা অবাইবা য়াহং লাকপদগীনি। মসিমদি তশেংনা শেংলবনি মদুদি অশেংবা বাজনিতিগী মবমগীদমক, মীযাম কাংবুগী য়ানবা পুবক্লবা অমদি চাওখৎথৌবাংগী লম্বীদা লোইবং-থোংনাং শাবিবা চাওববা অথিংবা অদুবু মক ফুকতোক্লবগীদমক্তদি, কঙ্গ্রেসনা লাংতকনৈ অমসুং য়াদবা ঙমদে। কাংলুপকী ওইবা অশেংবা সংস্থানগীদি, অসিগুম্বা লাংতক্লবসি লৈতে, মবমদি মখোয় মখোয়গী কাংলুপকী তোঙান তোঙানবা দাবীবু কনশিলহনবনা, মখোয়গী হিংনবগী মকওইবা মবমনি, অদুগা লৈবিবা ফীবমদা অহোংবা লৈতনা মখোয়গী মশাগী কান্নবদু তানবদা মসিনা লমজিংই। মকোক ওইনা, হিন্দুশিংনা মেম্বব ওইববসু মুশলমান অযাম্বা লোযননা অতৈ অতৈ ধর্ম্মগী মীওইশিং হায়বদি শিখ, খৃষ্টান্নচিংবা কঙ্গ্রেসতা মেম্বব ওইনা য়াওবি। মসিনা নমদুনা জাত্তি অমা ওইনা খলহল্লি। মসিগী মবমদি জাত্তিগী নিংতম্বা লোয়ননা মনিংমখা তম্বা ষ্টেট অমা শেমগৎপনা মযামগী অমতা ওইবা অপাম্বনি। মসিমসু খ্বাইনা খংনববা য়াফমনি, মদুদি পাকচাওববা, কাংলুপ কয়ানা খুল্লিংদুনা লৈববা ভাবত্তা, ডেমোক্রেসি অসি লিংখৎপা তাববসু, হীবম খুদিংদা মীশিং য়ামজদবা কাংলুপশিংবু মুখৎনবা নত্রগা লাকশিল্লবা মীশিং য়াম্বা কাংবুদা শক্তি পুন্নমক পীশিন্দুনা চম্নলবা মখলগী ডেমোক্রেসি লিংখৎপনা মীয়ামগী অপেনবা ওইবোই অদুগা পাম্বসু পামনবোই।

তশেংবমক ডেমোক্রেসি লৈবে হায়না লৌববদা, অমতা ওইবা পাঙ্গল-শক্তি পামই; অদুম্নদি ওইবগা, চাওখৎনববা, মখল মথেল য়াম্নবা ভাবতকী কলচবশিংবু অমতা ওইবা মওংদা, পুনশিলহন্নবগী পাম্বৈদি উবা ফংদে। মবমসিনা তোঙান তোঙানবা কলচবগী চাওখৎ খোংথাং কাযদনা ভাকশেনবীনবা, মীপুম খুদিংগী অমদি কাংলুপ খুদিংগী নিংতম্বা পুবকনাবা, পাকশন্না ওটোনোমি (মনিংমখা তম্বা কনাগীসু মখাদা লৈতনা মশানা মশাগী শাসন খুজ্জি পাযদবা যাবা শাসন) পুবকপদি যানববনি।

তৌইগুম্বসুং হংনাবিবা য়ুম্ফম অনিদং, কঙ্গ্রেসনা যোংফম চেৎনা লেপলি; (মদুদি) জাতিগী একতা অমসুং ডেমোক্রেসি। হায়বিবা অনিসিনা য়ুম্ফম ওইদুনা কঙ্গ্রেস লিংখৎখিবনি; চহি ৫০ বোম চুপ্পা হেন্না মবা চেৎশিন্না লৈবকইবা খোংথাংনা হাযবিবা অনি অসিগী ৱাখলবু কনখৎহল্ল। পৃথিবীগী মফম অতৈদা ঐহাক্না উবকইবা ডেমোক্রেটিক ওটোনাইজেসনশিংগী মনুংদা কঙ্গ্রেস ওর্গেনাইজেসন অসি থাঙ্গমক শেংনা থির্ডবি অমসুং প্রাকটিসতা (থবগী অমদি হাযবা ইনবদা) অমা ওইববনি। কঙ্গ্রেস ওইবা লম লমগী কমিটি লিশিং লিশিং লৈবাক শিনবা থুংনা শন্দোক্লগা, ডেমোক্রেটিককা মবমদা প্রজা মীয়ামবু তম্নীদুনা হৈহনখ্রবনি; লোযননা হীবম আসদা, অঙকপা ফংনা থবক কযা পাংথোকখ্রবনি। গান্ধিগুম্না পুনাংবা মাইকৈদা পুবা গুম্না, মীয়াম্না নুংশিবা গুণ চেল্লবা, মাওই অমনা কঙ্গ্রেসকা মবা লৈনখ্রে হাযবা অচুম্বদুনা কঙ্গ্রেসকা অচুম্বা ডেমোক্রেসিদ মযেং তাথহনবা নত্তে। খৎন চৈনবা অমসু অকনা তানফম থোক্লকবদা, অতৈ লৈবাক খুদিংদা তৌবগুম্না, লমজিংবীনবা, লুচিংবশিংদা যেংশিনলকপা হাযবসি মতৌশানা তোকপা য়াববোইদবনি; অসিগুম্বা খৎনচৈনবা অসি ওন্থোকনা তোইনা (ভুহাক লৈতনা) থোকলি। কঙ্গ্রেসপু শক্তি পাযবা ওর্গেনাইজেসন অমনি হাযবদা হেন্না ওইথোকলোযদবা কাবসু লৈতে; মসিমসু খংবদা নুংঙাইবনি মদুদি ভাবতা শক্তি পাযাববা ওটোক্রেসিগী (অমতগী ওইনা অপুনবা শক্তি পাযবিবা) বৃটিশ সবকাবগী অৱাংবা থাক্কী মীহুৎশিংনা ইতগুতনা কঙ্গ্রেসপু মবান শিবিবনি।

তাবতমচাশিংনা অমতা ওইনা, একতা লৈনা, পুনশিন্নবা অমদি ডেমোক্রেসি পুবক্লবা, মতম কযাগী মমাংদা, চেদা অইবতা ওইনা, বৃটিশ সবকাবনা ফাওবা হাযখ্রবনি। ডেমোক্রেসিগী চৎনাবোন পথাপ মখাদা বাজর্নীতিগী একতা, ভাবতা পুবকপা অশেংবমক ওইববদি মদু চাওথোকর্চানংডাইনি; অসুম্না পুবকপা একতাদি মীপুম খুদংগী মখাদা অমতা ওইনা লৈবনি। ডেমোক্রেসিগী খোংচৎ অমসুং নিযম, ঐখোযদা তিকাপ তাকপাবনি হাযনা ঐখোযদা হাযবমই। তৌইগুম্বসুং ওন্থোকনা গুকপানি, বৃটিশকী পোলিসিনা হাকথেংননা, একতা অমসুং ডেমোক্রেসিবু যানিংবা ওইবমলে। ভাবতা লৈবা বৃটিশ সবকাবগী পোলিসিদি মীয়াম প্রজা মশেন অমগা অমগা মত মান্নতহন্দনবা (পৃকচেন খোযজেন তিন্নহন্দনবা) অমগা অমগা খৎন চৈনবা ইনাশনবা লোয়াননা হাকথেংনা শিনাজিনবনি হাযনা, ১৯৪০ আগষ্টতা কঙ্গ্রেস একজিকুটিভপু (থোকলকইবা থৌদোক্লা) নমদুনা লাওথোকহনখি। অনৌবা থৌশিন অমা পুবক্লবা, ভাবতা একতাগী পুবকনিংইবা ৱাখল থাদোক্পনা ফগানি, অমদি ডেমোক্রেসিগীদমক্তদি ভাবত অসি মতিক চাদে, হাযনা ইযোং যোংনা, দ্বাবী লৈবা বৃটিশ সবকাবগী, মচিন চৎপা মীওইশিংনা, ঐখোযদা হাযবা হৌখি। হাযবিবা অসি, ভাবতনা নিংতম্বা লৈবাক অমা ওইনবা লোযননা ডেমোক্রেটিক ষ্টেট অমা ওইনা শেমগৎনবা, ভাবতনা দাবী তৌবদা, মখোযনা পীবম্বা পাওখুমনি। ভাবতা মখোয মশামক্লা পাংথোকে নিংলম্বা অটৌবা থৌবম অনি, মখোযমক্কী থৌশিনদগী, বৃটিশনা পাংথোকপা ডুমখিদ্রে হাযবদুমক, মখোযগী পাওখুমক্লা, মফম মবাং খংহৌদনা ঐখোয়না খংহল্লি। মসিমক মখোয মশানা খংজবকপদা চহি ১৫০ চংলমই।

মবীলৈনবা পার্টি পুম্নমক্লা যাননবা, কাংলুপকী ওইবা, থৌদোক বাথোকক্কী যানবা অমা পুবকপা, ঐখোযনা ডুমদ্রি, ঐখোযনা ডুমদ্রিবা অসিগী ফল অদু ঐখোযনা ফংবা তাবনা, ডুমদবগী ইবান অসি, অশেংবমক, ঐখোযনা শকক যাফম থোকপনি। মকওইবা হীবম নত্রগা অওন্নবা পুবকপদা মী অমনা মী খুদিংমকপু কবম্না য়াহনগনি? তাইওনবা পুবকপদা যানিংদবা, জমিদাবীগী পাথাপ পাম্বা, মদুগী ওন্নতৈনবা শকক লাল্লম্বা, মতমপুম্নমক্তা লৈ; অদুগা বাজনীতি, অর্থনীতি অমসুং সমাজদা অহোংবা পুবক্লিংবা কাংবুসু লৈ হাযবিবা অনিসিগী তোঙান তোঙানবা কাংবু কযাসু লৈবি। অপীকপা কাংবু অমনা শিবগে হাযবমখৈ যাদ্রবদা কদৌনুংদা অহোংবা পুবকপা ডগলোই। অসিগুম্বা কাংবু শেমগৎপনা, অমদি মখোযবু মথৌনা হাপপা শাসন পাযবিবা কাংবুগী পোলিসি ওইবিদৈদা অদুগা মীয়াম প্রজাগী অযাম্বা শকক্লা মখোযগী মীহুৎ ওইখ্রবসু, মাইপাক্লা

হৌবা লালহৌনা অহোংবা অওনববু পুবকপা ঙমগনি। জামিদাবী পথাপ পাম্বা অমদি য়ানিংদবা কয়া'মা ভাবত্তা লৈব হাযবসিদি চুমলবনি খবনা লৈবাক অসিদা যেলহৌঙেদগী লৈবকপা কাংবুনি অদুগা খবমখৈনা বৃটিশ সবকাবনা য়োকখৎপা শেমগৎপা চাবনি। মশীংদা য়েংউববদি মী খবদা ওইবা যাই অদুবু লুবিবদি শক্তি পায়বিবা বৃটিশনা মখোয়বু শৌগৎলি।

মুশলমানশিংগী মনুংদসু মুশলীম লীগত নত্তনা, অতৈ সংস্থান, ওর্গেনাইজেসন কয়ামকম থোবকখি। লিববা অমদি কল্লবা সংস্থানশিংগী মনুংদা জামিএট উল উলেমা,অমনি, সংস্থান অসিদা ধর্ম্ম অমসুং থায়নগী চৎনবী খংবদা, পণ্ডিত ওইববা কয়া, ভাবত মফম পুম্বদগী য়াওবমই। চুম্ন হেক যেংবদা মখোযগী জাত্তিগী ওইনা তৌবা, জাত্তিগী চৎনবোল গুকপা ওইনা তৌই, লোযননা ধর্ম্মগী ওইনা তৌদবা, যাদবগী ওইনা উই, সংস্থান অসি বাজনিতিগী লমদদি য়াম্না খুমাং থানা চংশিনখ্রবা, নিংথৌপানববু যানিংদবা ওর্গেনাইজেসননি। বাজনিতিগী থৌশিলদা মসিনা কঙ্গ্রেসকা খুৎশম্ননা তত্তনা উৎলমই। মসিগী মেম্বব অযাম্বসু কঙ্গ্রেসকী মেম্বব ওইবমই, মখোযনা থবক চখবকপদা, সংস্থান মশাগী ওইনা চখবমই। অহবক কৌবা সংস্থান অসি কাযনথংদা লিংখৎলকপনি, অদুবু পঞ্জাবতদি মসিনা খ্বাইদগী কাল্ল। মযাই ওইবা যুম্নালগী মীওই অমসুং লাইববা মীপুন্নমকপু সংস্থানসিনা মহুৎশিল্লমই, কবি কবিগুম্বা লমশিংদদি সংস্থান অসিগী তৌবা ঙম্বা শক্তি যাম্না লৈবমই। মীশিং য়ামজবৎসু মোমিনশিংদি (অযাম্বনা ফীবোন শাবা কাংবু) মুশলমানশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী লাইববা অমদি শোংগ হম্বা কাংলুপনি। সংস্থান অসি শোল্লি, নিংথিনা খুৎলিংদে। কঙ্গ্রেসকী মকপনি, মুস্লীম লীগকী যেকনবনি। মশানা শোনজবনা বার্জনিতিগী ওইবা থবক্তগী নাম্বোকই। বেঙ্গলদা কৃষব (লৌমী) সভা লৈবমই। জামিত্রট উল উলেমা অমসুং অহবকনা চুন্নগী থবক পাংদে। ইতত্তৎতনা কঙ্গ্রেসকা লোযননা চৎমীন্নবমই, বৃটিশ সবকাবগী মায়োক্তা অন্দোলন চংবদসু কঙ্গ্রেসকা খুৎশম্নবমই, এদুদা অৱাবা কয়া নংখি। ব্রাগী ব্রা ভাংনবা নত্তনা বৃটিশ সবকাবনা কবিগুম্নদসু খুৎ থোক্লখিদবা, মুস্লীমগী লাচংবা সংস্থানদি, মুস্লীম লীগনি। মী কয়া'মানা যাওশিল্লক্তুনা মথং মথং অহোংবা কযা লাক্লবা লোযননা চাওখৎলকলবা নাতবদা মীকোক থোংনিংবা জমিদাবীগী ওইনা লুচিংনিংবা ব্রাখল কৈদৌঙেদা থাদোকলমদে।

তোপ্না লিংখৎপা, শিযা মুস্লীমসু লৈবমই, তক তকনা মবীমখোং শেংনা লৈবমদ্রবসু বার্জনাতিগী দাবী তান্নবগী মকওইনা লিংখৎলম্না ওইনা তৌই। ইসলাম ধর্ম্ম হৌবকপা মতমদা, আববতা, খালিফাটকী (মহুৎ) উত্তবাধিকাগী মবমদা থোকখিবা, থীনা শৎনবা অদুনা, কাংবু নাইনা খাযবুং খায়বুং তানহনখি, কাংবু নত্রগা ফুকপ অনি থোকখি - মদুদি সুন্নিজ অমসু শিযাজনি। শৎনবা পুন্সিগী ওইনা শাংথখি লোযননা কাংবু-ফুকপ অনিসিসু তিন্নবা য়াখিদে অদুন্নদি ওইবগা তোখাই তানবিবশিংনা বাজনিতিগী লম্বীদদি চংশিন্নখিদে। ভাবত্তা অমদি ইবান নত্তবা ইসলামিক দেশতদি সুন্নিজনা মশীং যামলমই, ইবান্দনা শিযাজনা মীশিং হেল্লমই। ফুকপ অনিগী মবক্তা ধর্ম্মগী মতাংদা কবি কবিগুম্বা খংনবমই। অসুম্না ভাবততা শিয়াজ ফুকপনা তোখাই তানা লৈবমই অদুগা মুস্লীম লীগকসু যান্নবমদে। শিযাজনা মীযামগী ওইবা অপুনবা ইলেক্টোবেৎপু পামলমই। অদুন্নদি ওইবগা লীগকী মনুংদসু মীকোক থোংবা শিয়াজগী মীওই কযা যাওবমই।

মুস্লীম লীগপু যাদবা, অপুনবা মুসলিম ফ্রন্ট অমা ওইনা লৈবম্বা অজাৎ মুস্লীম কনফবেন্সপু চাওখৎনবা হোৎনবদা, মুস্লীম ওর্গেনাইজেসন মযাম লোযননা অতৈ অতোপ্পা মুসলমানশিংনা (মুস্লীম লীগতা যাওদবা মুসলমানশিংনা) পুন্না খুৎশম্ননা চৎমিন্নবমই। কনফবেন্স অসি মীযামগী মীহুৎ কয়ানা শুনা যাওববা, ১৯৪০ দা দিল্লিদা তৌখিবা, ইহান হানবা মাইপাক্লা পাংথোকখিবা সেসন্নি।

হিন্দু কাংবুগী মকোক ওইবা ওর্গেনাইজেসন, হিন্দু মহাসভানা ওইবমই; ওর্গেনাইজেসন অসি মুস্লীম লীগকী লম্বা ওইবমই, তৌইগুম্বসুং ওর্গেনাইজেসন অসি অদুক হাক্লা কান্নবদি ওইবমদে।

হিন্দু মহাসভা অসি মুস্লীম লীগতৌনা, কা হেন্না কাংলুপ ফুকপকা মশাগীদা ওইবা ব্রাখল চেল্লমই; ওর্গেনাইজেসন অসিগী শক্তম্না, চাওখৎপগী মহুত্তা, থোযনা হেন্না হান্নগী ওইবা মহৌশাগী ফীবমদা হঙিল্লমলবসু, জাত্তিগী ওইবা চম্মনবা হৌবকফম উত্তুনা, মশাগী যৌনা পুকচেন পীকপা শক্তমবু উহন্দনবা হোৎনবমই। মুস্লীম লীগকী মেম্ববশিংনা তৌবগুম, মসিগী

লুচিংবশিংনা দায়ী য়াওদবা খুৎথোক্লবা য়াবা মওংদা, অতৈবু থীনা ঙাংবা চৈবদা হৈনবম্না অদুমক তশেংনা লাইবকথীবনি। মাইকৈ অনিমক্কা, চিনবুংগী লান তৌনবদা হৈনখিবনা, মহৈ মহৈ তত্তনা শাওনবমই। মদুনা কাযনথংদা খুৎ থোক্লবকখি।

মুস্লীম লীগকি কাংলুপ নাইবা নিয়ম্না তত্তনা খুদোংথীবা থোকহল্লি; লোযননা মহৌশাদগী তৌনা চৎনবিবা নিয়ম মবম ইচা চাদে; অদুগা হিন্দু মহাসভাগীদি মবমচাদবা তৌবমদে। পঞ্জাব অমসুং সিন্ধদা লৈবা, মীশিং য়ামদবা হিন্দু, অমদি পঞ্জাবতা মহৌশাদগী লৈবকপা সিখশিংদি, মতমপুম্বদা, লাক্লবা রাবমই, লোযননা য়াম্নবা অমা তত্তনা পুবকপা তাবমই। অসুম্না মত খেন্নবসু থৌজিনবা, থৌগৎপা লোযননা কঙ্গ্রেসকী নিযম মাইযোক্তা কাংলুপ কাংলুপ নাইনা লৈহনবনা থোযনা হেন্না কান্নবনি খন্দুনা হনজিনবা অসিগুম্না বৃটিশকী পোলিসি ঙাক ওইবমই।

কাংলুপ নত্রগা অতৈ পার্টি নাযনা কান্নব্রা কান্নদব্রা হাযবগী চাংযেংদি মীখলনি, অদুগা মী কযানা পার্টি নত্রগা কাংলুপতা যাওবগে হাযবা খংনবা চংযেংসু মীখলনি। ১৯৩৭ দা ভাবত্তা তৌখিবা জেনবেল ইলেক্সন্দা হিন্দু মহাসভা মপুংফানা মাইথিখি, কাবিগুম্না মযম অমতগা ইলেক্সন্দা মমি ঙাখদে। মুস্লীম লীগনা খবা খাজক ভেম্না ফাখদি হাযবন্, অপুনবগী ওইনা যেংলুববদি উৎলিবদু যামনা হৈহে, হঙ্খাববদি মকওইনা মুস্লীম ঙাক তাবা প্রোভিন্সতনি। সিন্ধ, অমসুং পঞ্জাবতা মপুংফানা মাইথাখি, বেঙ্গলদা নমাই খাজক পাক্লমই, অরাংনোংচুপ ডমখৈ প্রোভিন্সতা কঙ্গ্রেসনা কাযনথংদা মন্ত্রিমণ্ডল শেমখি। মুস্লীম মীশিং য়ামদনা লৈবা প্রোভিন্সতা লীগকী মীশিংনা অয়াম্বা ওইনা কাবমই কাবকপাশিংগা মন্নদা নিংতম্না লেপ্পা (পার্টি যাওদবা) অমদি কঙ্গ্রেস ওইনা লেপ্তুনা কাবকপা কযাসু য়াওদবা নত্তে।

প্রোভিন্স খবদা লৈবা কঙ্গ্রেস সবকাবগী মাযাওনা অমদি কঙ্গ্রেস ওর্গেনাইজেসনমক্কী মযোক্তা, শিংনদুনা মুস্লীম লীগনা ফোংনা শাংনবা প্রচাব তৌবা হৌবকখি। কঙ্গ্রেস সবকাবনা মুস্লীম লীগপু ওৎ নৈবিবে হাযনা নির্তিগী ওত্তনা লাওবকখি। সবকাব অদুদা পাওত্তন মন্ত্রী কযামকম যাওবমই, তৌইগুম্বসু মখোয় অদু মুস্লীম লীগকী মেম্বব ওইবমদে। ওৎনৈবিবদু কবিনো কবম্না ওৎলিবনো হাযবা শেংনা হাযবসু তৌবমদে লম লমগী ওইনা থোকপা কবিসু লৈতবা থৌদোকশিং অদুনা, সবকাবনা কবিসু তৌবা যাবমদে (খুৎ থিংজিনফম থোক্লমদে) মসি পুম্বা মখোযনা ইবাং থোক্লবা শিনবা ওইনা তৌবমই লোযননা পাকশন্না শন্দোক্লনা লাক্লবমই। ডিপার্টমেন্ট খবনা সবকাবগী থবক পাংথোকপদা খাজক্ক, লানবা মাওখিবদু, য়াম্না থুনা থুনা চুমথোক্লমই মদফাওবদা মবমচাদবা, লান্না সবকাববু মবান শিবমই। অচুম্বা মনা অমফাওবা যাওদনা, অঙাওবা ওইথোক্তবা রাযমনা যম্ফম ওইদুনা বাকৎলমই। দাবী তৌববা রাফম থিজিন্নবা অকপ্পা মবোন পাবো নত্রগা মশামশা চোংথোকতুনা সবকাবগী মতেং যাওনা, অচম অবান থিজিন্নবা তৌবো হাযনা দাবী তৌবা কাংবুবু কঙ্গ্রেস সবকাবনা কৌবমই। হায়বিবা খুদোংচাবদু কনাম তনা লৌবা দমখিদে চোংথোবকখিদে। অদুম্নদি ওইবগা, ইবাং অদুদি লেপপা লৈতনা, মখোযনা চথবমই। ১৯৪০ হৌবকপদা কঙ্গ্রেসকী মন্ত্রীশিংনা ফম হেক থাদোকপগা দাবীশিং অদুগী মবমদা ইনক্রাবি তৌদুনা অবেপ্পা অমা খংননবা ফেডবেল কোর্টতা কঙ্গ্রেস সবকাবগী মথক্তা হায়নিংবা হাযদুনা রাকৎনবা, মতম অদুগা প্রেসিডেন্ট ডাঃ বাজেন্দ্র প্রসাদনা মিষ্টব এমঃ এঃ জীন্নাদা চিঠি ইদুনা খংহনখি লোযননা মুস্লীম লীগতসু খংহনগে হাযনা লৈবাক প্রজাদা লাওথোকখি। হায়বিবদু মিষ্টব জীন্নানা যাবমদে, মবমদু পাংথোক্লবা বোয়েল কমিসন হাপ্পনবা মহাক্না হাযবমই। মহাক্না হায়বিবা বোয়েল কমিসন, শেম্নবা, মতম অদুদা, কবিগুম্না রাখল অমতা লৈবমদে; মদু বৃটিশ সবকাবতনা ঙম্বা, মখোযগীতা ওইনা তৌবা রাফম ওইবমই। কঙ্গ্রেস সবকাবগী মতমদা ওইবম্না বৃটিশ গভর্ণবশিংনা, মীশিং যামদবা কাংলুপকীদমকতা তৌববা, পাযখৎপা থবক অদু থিংবা যাবা মবম কবিমতা লৈতে, হায়না মীয়াম প্রজা খংনা লাওথোকখি। দবকাব লৈববদি ১৯৩৫ গী এক্ট মখাদা মীশিং য়ামদবা কাংবুবু ঙাকশেন্নবা মকওইবা প্রোভিন্স (মতাং) পীবি।

হিটলবনা শক্তি পাযখৎলকপদা নাজি প্রোপেগণ্ডাগী মওং অদু য়াম্না কুপ্পা ঐহাক্না যেংশিল্লমই; ভাবত্তা চথবিবা মওং অসিগা য়াম্না মান্নবদু উবদা ঐহাক ঙকলমই। চঠি অমা লৈবগা, ১৯৩৮ গী লোযশিল্লকপা মতমদা, সুডেটেলগুগী লালহৌবু জেকোস্লোভিকয়ানা মাইবোং যাবকপা কান্দা নাজিনা মফমদুদা পাযখৎলকপা, লৌখৎলকপা থৌদাং, মুস্লীম লীগকী

মচিনচৎপশিংগী অয়াবা লৌদুনা, লৈননবমই। সুডেটেণ্ডদা লৈবা জর্মনশিংগা ভাবত্তা লৈবা মুসলমানশিংগী অনিগী ফীবম চাংদম্নবমই। ৱা ঙাংবদা অমদি পাওজেন-চেদা তকশিল্লপা, অমদি কা-হেঞ্জিনলকপদু খংজিনবা তাবমই। কঙ্গ্রেসকী মুসলমান মন্ত্রী অমা থাংনা থিনখি; মদুদা মুস্লীম লীগকী লুচিংবশিংনা নুংঙাইতবা যানিংদবা উৎপকী মহুত্ত অহোইনদুম উশিন্নদনা লৈথোকলমই।

অসুম্না তৌবকপসিনা, লোয়ননা মীওইবগী পুন্সিবু কবিসু লৈতনা য়াম্না হন্থনা লৌরকপসিদা, ঐহাক থৱাই শোক্লা নুংঙাইখিদে। হাৎন-শুনবা, ডাকু তবাংগী থবক, দাবী মশক খংনবক্তবা, অসিপুম্না চাংহেনগৎলকখি মুস্লীম লীগকী দায়ী লৌবিবা লুচিংবশিংনা যাদুনা তৌহনবা মাল্লমই। অসিগুম্না ঈহৌ থিংলনবা লুচিংবশিংদা ইদুনা অমদি ৱাবী শানদুনা হায়জবমই; মদু পুম্না উত্তা থী হৈবগুম থোকখি। কঙ্গ্রেস সবকাবগী মতাং পনবা তাববদি, মীশিং যামদবা কাংলুপ অমদি অতৈ অতোপ্পা কাংবু কোনশিনবনা, তশেংনমক, মখোযগী অপাম্বা ওইবমই অদুগা মাদুমক মখোযনা কন্না হোৎনবমই। অদুবু, অতৈ কাংবুবু মুস্লীম নত্তবা কাংবুবু থৌদানা মুশলমানশিংবুতা কা তেনো লুনা-চান্ন তৌবমই হায়না, মফম কযাদগী লাওনবকখি। হায়বিবা অদুমক হেক-কোকহনবা যাবা তোপ তোপপা বাফম নত্তে, অদুগা মবম চানা খন্নবা যাবা বাফমসু নত্তে। অকীবগী মশক ফংলবা থৌদোক অমা থোক্লকদৌবে, মদুগীদমক কঙ্গ্রেসপু মবান শিগদবনি হায়না, পাঙঙল পুম্নগী ৱাখলদা থাজবা পোকহন্নবা, মুস্লীম লীগকী মেম্বরশিং অমদি লীগ অদুবু নুংশিবা মীয়াম্না, চাং নাইনা লেপ্তুনা শন্দোক্লমই। হায়বিবা অকীবগী মশক ওইবা থৌদোক অদু, কবিনো হায়বা কনামতা খংলমদে। লাও-খোংনবিবা অমদি মবান শিনবিবা অসিনদি, মফম অসিদা নত্রগা অতৈ অতোপপা মফম অমদা, কবিণো অমা, শোযদনা থোক্লকপা তাবনি। (বাই ইলেক্সন) মবক্কী মীখল নকশিল্লক্লবদা লাওনবমই, "ইসলাম খুদোংথীবে, মুস্লীম লীগকী মীবেপ্তা (candidate তা) ভোৎ পীগদবনি হায়না কোবান পন্না শোক্লা ৱাশক্লবা ডোক্তৰ খুদিংদা হায়গদবনি।"

মুসলমানশিংগী (মফমদা) মবক্তা, হায়বিবা অসিমক তাবমই হায়বদা চিংননিংঙাই লৈবমদে। মবক্কী মীখলদুদা, অযাম্বা, লীগনা ফংলমই; অমাংবদি খবতনি মখোযনা মাই পাক্লবসু মীকোক থোংনা মুস্লীম খবদি মখোযগীনা মাযযোক্তা লৈবমই কঙ্গ্রেস লৌমীশিংনা মখোয়বু খুদুম চল্লমই। ইতিহাস অসিগী অহানবা হৌবকপা মতাংনা মুস্লীম মীয়াম খবতনা শৌগৎলমবদু মমৈথংদদি মীয়ামগী ওইবা থৌশিন অমা ওইবকখি। থৌশিল অসিদা ঐহাক খজিক নুংঙাইবমদ্রবসু, চাওখৎলকপা অদুবুদি, ঐহাক্লা পাম্না য়ানিংলমই; মবমদি নিংথৌপানবা, অমদি জমিদারবিগী থৌশিলদা অহোংবা অমা শোযদনা থোকলক্কানি, লোযননা হেন্না কান্নবা মচাক কযা 'মা থোবক্কানি, হায়না ঐহাক্লা খল্লমই। অদুবু তশেংনা ৱাবদি, বাজনিতি অমদি সমাজগী সমস্যাদা মুসলীমশিংনা খমথেংনা হন্থবা থাক্ত লৈবমই; ওন্ন তৈনবা মাযথোক্লনা চৎপা কাংলুপ্পা মখোযবু নৈহৎপীবা লাযনা থোকলমই।

মুস্লীম লীগকী মীওইশিংগী মবক্তা মিষ্টর এমঃ এঃ জীনানা, খ্বাইদগী হেন্না খুমাং চাওশিল্লমই। পুম্নমক্তগী মহাক্লা মীথোয মীহেনবনা, মহাক্লা খন্ননিংঙাই লৈতনা, অনি শুদ্রবা লুচিংবা ওইবমই। মশাগী খুদোংচাবা, ওইজবা থীববু, অমদি মাগী মকপ মপাংশিংনা ফত্তবা লন্থী চৎলুবনা মনাই থীববু, মহাক্লা পেন্দদুনা পব্লিক প্লেটফোর্মদা মীযাম মমাংদা মহাক্লা লাওথোকখি। জ্ঞান লৈবা, খুমাং চাওশিন্না বাজনিতিদা চংথ্রবা, মশাগী ওইজবা থীদ্রবা, মতিক মথৌনা লৈববা কযানা, মুসলমানশিংগী মবকতগী কঙ্গ্রেসতা য়াওশিনখিদুনা কঙ্গ্রেসকীদমক থবক পায়খৎশ্রে হাযবা মহাক্লা মুন্না খংলমই। মবাইবকতা তমখিবনা অমদি থবক থৌশিন্না পুনশিনখিবনা, মহাক্লা শিংথানিংদ্রবা সম্মান তৌনংদ্রবা, মীযাম মবক্তা মগাকপু লংশিনখিবমই। মহাক মখোযগী লুচিংবা ওইবমই, অদুবু মখোযগী ওন্নতৈনবা নিতিনিযম মখাদা, অফা অপুননা লৈদুনা মখোযবু মহাক্লা অমতা ওইনা পুনশিনহনখি। মহাক মশানা যানা, জাৎ তাখিবদি (prisoner) নত্তে; নিতি নিয়ম য়েংলুববদি, মহাক মশামক, মপানগী মিৎযেংনা অনৌবা মতমগী চৎনবোনগা চুশিন্ননা উববসু অশেংবমক্তি মশামক থাযনগী ওইবা মীবোনগী মীওইনি; তৌজিক মতমগী বাজনিতি অমদি চাওখৎনববা মপুং মবৈ ফাববা খোংথাং, মহাক কবিমতা খংলমদে। ঙসি পৃথিবী শিনবথুংনা মমি তাববা অর্থনিতি মহাক কবিমতা খংদবা ওইনা তৌই। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও মতুংদা থোক্লকপা তোপ্পা

থৌদোকশিং, অমদি মদুগী অফ-ফত্ত মহৈ, মঙোন্দা মমি তাবমদে। বার্জানতিগী খোংথাংদা মাং থানা হেক চোংশিনবা হৌবকপদা, মহাক্না কঙ্গ্রেস থাদোকখি। মীয়ামগী মিৎযেংদা অমদি অর্থনিতিগী মতাংদা, কঙ্গ্রেসনা খুমাং চাওশিন্না চংশিল্লক্লবদা, মাগা লৈনবস্না অহাংবগী শকক থোযনা তেন্না পাকথোকখি। অদুগা মিষ্টর জীনানা, মহৌশাগী লৈবকপা নিতি নিয়ম কাযদনা, চৎপদা নত্তনা, কুইবগা হেন্না হকচিল্লমই; ভাবতকী একতা অমসুং ডেমোক্রেসিবু মহাক্না হৌজিক হল্লবা মিংযেংনা যেংই। নোংচুপ লমদমদা চৎনবিবা ভাব তাদবা, ডেমোক্রোস মখাদা কবিগুম্না মখলগী লৈঙাকলোন, চত্তুনা শাসন তৌবনা, মখোযনা শান্তি ওইনা লৈবা ঙমলোই হায়না মহাক্না হাযবমই। মতম শাংনা অর্থ য়াওদ্রবা পুন্সি, মহাক্না লেনখিবদু, মহাক্না খংবদা মতম শাংনা চংখি।

মুস্লীম লীগকী মনুংদা, লমওক অমগুম, মিষ্টর জিনা নাইতোম ওাখি; মহাক্না শুনোম্মিনবা খাইদগী নকশিন্নবা, মীওইদগী লাপথোক্না লৈখি; মীয়ামগী মফমদা, অকীনা :শওম পুবকখি, লোযনানা কী ভুকচনা, খাইনা লোযনখি; মথবাইনা যানিংদনা মীনা মাবু শম্মান তৌখি। বাজনিতিগা খংবা মীওই অমা ওইনা, মাগী তৌবা ঙম্না মগুণ লৈ, হাযবদা চিংনানিং ঙাই লৈতে; অদুমনদি ওইবগা, মতমদদা ভাবতা পানবা বৃটিশকী তোপ তোপ্পা বৃটিশকী আকোলগা নকশিননানা লৈবা হৌশিংবগী মগুণ ওইনা তৌই। আইন কানন খংবা বাজনিতবালা অমা ওইনা, তাৎ পাৎ হৈবা মী অমা ওইনা, অমদি ভাবতবর্ষ মমা লেবাক নিংবা মীশিংগা বৃটিশকী শক্তিগা অনিগী মবক্তা হাইদনা লৈ হাযনা খঞ্জবা মীওই অমা ওইনা, মহাক মশক নাইবা মী অমা ওইবমই। ফীবম তাঞ্জা লুশিল্লক্লবদা, বাজনিতি অমদি অর্থনিতিগী অশেংবা থৌদাং মাযোক্লবা তাবনদা, মহাক্না হৈশিংবা বাখলনা, মহাকপু কদোমদা হোইদনা পুগদৌবিবনো হাযবা, খংবদা, মহাক লুনা থোকই। মতাং অসি যৌবকপদা মহাক্না মাগী মশাগী মত পীবা ৱানা থোকই, লোযননা মশানা মশা নহোমতবু চিংনজে। অহোংবা নাইবা থৌদোক্না মাব মাব থোকলকপদা, খন্ন নৈনবদা লৈথোক্লবা লাক্লবদা, মহাক্ন যানদবা মাশিংগা লোয়ননা কবিগুম্না থৌদোক থৌবম ইংনা খন্নবদা, অসুন্না অহোংবা লাকপগা মাযোক্লবকপদা, জ্ঞান তাদবা বাখলনা, মহাকপু হেক হেক চম্মনহনবনা মাগী বাখলগা শওমবু মযেক শেংনা তাকই। অনৌবা থৌদোক থৌবম, হৌজক হৌজকমক থোকইবা ফীবমগা, মানা খাল্লবা তৌবিবা অদুগা, চান্নাবত্রা নত্রগা মতৈ মীওইশিংগী ৱাখলগা চান্নাবত্রা হাযবসি হাযবদা লুনা থোকই। ৱাখলগী কবম্না ইথিনা মহাকপু হোযদনা পুবিবনো, মহাকনা হোৎনবিবনো কবিনো কবিগাদমকনো ? নত্রগা, পুক্লিং ছনিংঙাই ওইবা বাজনিতিগী ছত্রং লাইযুমথক্তা, খুদোংচাবা হেক উবদা শুমলে শুমলে (শুন্নদ ঙমদবা) লাওবগী মশাদা নংঙাইবা পোকচবা, নত্তনা মহাক্কী অবেপ্পা তংতাবা ৱাখল লৈজদত্রা ? চতি মতম শাংনা প্লান্সনববা নোংম নোংমগী মপাঙ্গল কনখৎলক্লবা কঙ্গ্রেসপু মহাক্না ভুক্কচবগুম তৌই। মহাক্না ভুক্কচৈ পামদে হাযবিবমক চুমলবনি অদুবু কবিনো মাহাক্না পার্মালিনসে ? "No" "নাৎ" হাযবা অসিনা মহাকপু খংবা হায়দোকপদা, চপ চাববা খুদম অমা ওইবগা লোযননা, মাগী মপাঙ্গল অমদি হোৎনজবা পুন্থনা, মহাক অসি অঙকপা ফংলবা, তাইওন্নবা No man হাযবদু ওইহল্লি। মবমসিনা মহাক্কী অচুম্বা শক্তম খংনবা হোৎনবা পুমবা অবেম্নদা তাই, লোয়ননা কনামতনা মাগী ৱাখল অমদি অপাম্নবু তং তানা খংবা ঙমলোই।

ভাবত্তা বৃটিশনা পাল্লবা মতমদা, মতমগা চুনবা তোমথিন ফাওবা মীওই অমফাওবা মুসলমানশিংগী মবক্তা লৈবমদে। মখোয়গী মবক্তা মমিং পনবা যাবা খবদি থোকলকখি; অদুবু মখোয অদু থায়নদগী লিববা চৎনবোন অমদি নিতি নিযমগী মীওই ঙাক ওইনা তৌই; মতমগী চুনবা, হৌজিক কালগী চাওখৎথৌবাংগী চান্নবা, কনামতা যাওবমদে। তত্তনা হোংবা মতমগা, ইবোইনন চৎপা ঙমদবা, অমদি চৎনবোন ইনাৎনচিংবা হিবম কয়াগী চাওখৎ খোংথাং মখোযনা ইন্না চৎপা ঙমদ্রিবমখৈ তশেংনমক মখোয়গী জাত্তিগী ওইনা ঙমদবদি নত্তে। ইতিহাসকী মবম খবদগী, মবক্কী ওইবা মীওইশিংগী খুৎশা হৈবগী চাওখৎপা ৱাৎপগী, মকওইনা ৱাখল চফক্লহনবা চাওখৎ লমযান্দা তত্তনা অথিংবা পীবা জমিদাব-নিংথৌপানবগী ৱাখল অমা হোংবা লৈতনা, মুসলমানশিংগী যুম্ফম অমা লৈবদগী , মসি থোকইবনি। বেঙ্গলদা মুসলমানশিংনা তোন্না হন্দনা লৈবসি, খাই পুন্নমক্লা খংনববনি, মসি থোকখিবগী চাওবাকপা মবম অনিথক লৈঃ অহানবদা, বৃটিশনা পানবা হৌবকপদা মখোয়গী মবক্তা লৈবস্না মকোক থোংবা কাংলুপ মুথৎখিবা অদুগা অনিশুবদনা, মতম কুইনা, চাহ কযা, চুপ্প নুংঙাইবা

চাওখৎপগী খুদোংচাবা ফংবা ঙমলক্রুবা, অতোনব হিন্দু কাংবুনা পাঙঙন (মুসলমান) ওল্লকপা মীশিংনা হেল্লা মশীং য়ামখিবা। অৱাং ভাবত্তা লৈবা চাওখৎলবা মকোকথোংবা মুসলমানশিংসু চহি মতম শাংনা চৎনবকপা চৎনবী, অমদি জমিদাব ওইবগী ৱাখলনা পুনশিন্দুনা থমখি। হৌজিক্কী মতমদা, মবক্কী ওইবা ভাবত্তা লৈবা মুসলমান মীনৈ খবদি, য়াম্না থুনা চাওখৎলক্রুনা মতমগা খজিক চান্নববসু, মখোয় অদু হিন্দুগা য়েংনকববদি বিঞ্জান অসি, খুৎশা হৈবগী লমদা ওম্ব্রোক্লা শোৎথনা, তুংদা লৈহৌবি। হিন্দুশিংসু শোৎথহৌদবদি নত্তে, মতম অমদা মখোয়সু মকোক হায়গৎপা ঙমদবমখৈ চৎনবী মনাৎনা পুনশিন্দুনা মুসলমানশিংদগী হেল্লা তোম্বনা লৈকববনি অদুম ওইনমক মখোয়গী (হিন্দুশিংগী) মবক্তগী, বিজ্ঞান্দা খুৎ-শা হৈবনচিংবা অতৈ থৌবম কয়াদা, মীকোক থোংবা মীওই কয়া'মা থোবকখি। মীশিং য়ামজদ্রবা পার্টি কাংবু ফাওবগী মবক্তগীসু হৌজিক মতমগী খুৎ শা হৈবদা, শিংথানবা যাবা লুচিংবা কয়া'মা যাওবকলি। মিষ্টব জিনাগী ইমুং মনুং অসিমক, অহানবদা হিন্দু ওইবমই হাযবা অসিমক খংলকপদা, নুংঙাইবা পোকই।

সবকাবগী থবক তৌবদা, মীয়ামগী অপান্বা ওইবনা, হৌপ্রবা মতম কয়াদা সবকাবগী (বৃটিশ সবকাবগী) থবক তৌখিবা হিন্দু মুসলমানশিংগী মবক্তা, লৌশিংশিংবা, মতিকচাবা মীওই কয়া যাওবমই। নিংতম্নবগীদমক চংশিল্লকপা, বাজনীতিগী খোংথাংনা কল্লা থুনা চংশিল্লক্রবদা, সবকাবগী থবক তৌবা পান্নবক্রে, লোযননা হৈশিংসা, থৱাইযাওবা অমদি মথৌনা ফবা মীওইশিংনা কঙ্গ্রেসতা যাওশিল্লকখি। অসুম তৌদুনা মুসলমানশিংগী মবক্তগীসু খ্বাইদগী হেল্লা মীথোই মীতেনবা কাংবুনা কঙ্গ্রেসতা যাওশিল্লকখি। হৌজিকমকসু নহাওইবিবা মুসমলমান কয়ানা শোসিয়লিষ অমদি কমুনিস পার্টিদা যাওশিল্লি। চাওখৎপা পান্বা, মথৱাই যাওবা, মীওইশিং অসি নত্তবা মুসলমানশিংদি লুচিংবা ওইবগী মতিক চাবা গুণ অমতা চেল্লমদে, মবমসিনা মশামতোমতগী নুংঙাইনবা য়েংদুনা সবকাবগী থবক্তা লেপ্তুনা চংশিল্লি। মিষ্টব জিনাদি ইতোপ তোপ্পা মীওং অমনি। থবক্তা আইন কনবা, মতিকসাবা মীশক অমা ওইববসু অফিসবকী, সবকাবগী থবক তৌবদা, মহাক্কা খোইদাবমদে, মহাক্কা তৌবা অদুমক কনামতনা পামলমদে। মুস্লীম লীগ মনুংদা মহাক মতোমতা নাযতোম তাবমই; লীগ অদদা য়াওবিবা মকোকথোংবা কয়ানা, ফংবা ঙমদ্রবা সম্মান অদু মহাক্কা ফংবা ঙমলমই। লাইবকগীবদি, থবক্তা অইন কনবা, মাগী মগুণ অদুমক্কা, মহাক্কা খঞ্জবা অনৌবা ৱাখল অদুমক থম্মোই শেংনা অতৈগী মফমদা ফোংনা ফংহনবা ঙমলমদে, থুংলুবা যাদবা মাগী ৱাখল অমদি থৌশিল অদুমক, অতৈ দলশিংনা অমদি মহাক্কা মত মায়াদবা মীওইশিংনা, য়ানিংদনা ৱানা খাংনবমই। মহাক মতোমতনা মুস্লীম লীগ ওইবমই। মতাং অসিদা মীয়াম্না হংনবকখি, লীগ অসি মীযামগী ওইবা দল অমনি, অদুবু মশা মতোমতা চাওজনিংবা লুচিংবা অসিনা, কয়া কুইনা মাগীতা ওইবা অপুনবা ৱাখল অসিদা লুপতুনা লৈখিগদৌবিবনো?

ঐহাক্কা, কঙ্গ্রেসকী প্রেসিডেন্ট ওইবিঙৈদা ঐহাক লৈতনা, মঙোন্দা চিঠি ইবমই, অদুগা ঐখোযবু মহাক্কা কবি তৌহন্নিংবগে হাযবদু শেংনা ঐখোযদা খংহল্লক্রবা মঙোন্দা হাযজবমই। লীগনা পামলিবসি কবিনো, মখোয়গী অনিংবা ওবজেক্কা কবিনো? হাযবসি মঙোন্দা হংলমই। কঙ্গ্রেস সবকাবনা মখোয়বু নুংঙাইহন্দবা কবি লৈবগে হায়বদু, ঐহাক্কা খংনিংলমই। ঐহাক্কা হংলুবগী মবমদি চিঠি চৎনদুনা হান্ননা মবমপুম্বা খংদোক্লগা, কোয়া হাকথেংননা, মকওইবা শককশিংদু খন্নৈনদুনা শেংদোকনিংলমই। শাংলবা চিঠি অমনা পাওখুমলকখি, অদুবু মদুনা ভাব তাহনবা ঙমলমদে। মহাক্কা পামইবদি কবিনো? লীগনা নুংঙাইতবনা কবিনো? হাযবদো ঐঙোন্দা অমদি অতৈদা মহাকনা কবিগী থুপচানবিবনো মসিমক চৎনবোনগী ৱাংমনি। হন্না হন্না চিঠি ইবমই অদুবু অদুম চম্মনবমই; অশেংবা তাকলক্তে, অদুনা অবেপ্পা অমতা ঐহাক্কা খংলমদে। মসিনা ঐহাকপু য়াম্না ঙকহল্লমই লোয়ননা ঐগী গতি মচিন তেকলল্লমই। মিষ্টব জিনানা কবিমতা খংহননিংলমদবা মাল্লি, লোয়ননা য়ানবা অমা পুবক্লবা মপুকনিংদা লাংতকনদবা মাল্লি।

মসিগী মতুংদা, গান্ধি অমদি ঐখোয়গী মবক্তগী মীওই কয়ানা, হৌজ কযাবক মিষ্টব জিনাগা উন্নখি। পুং কয়া চুপ্পা মখোয়না ৱাবী শানখি, অদুবু ৱাহৌদোক্কী মখা তানবা লৈখিদে। কঙ্গ্রেস অমসুং লীগকী মীহুৎশিংনা উন্নদুনা মখোয়গী মবমদা খন্নবনা ঐখোযগী অপান্বা থৌশিলনি মুস্লীম লীগনা ভাবত্তা লৈবা মুসলমানশিংগীতা ওইবা দল অমনি, অদুগা কঙ্গ্রেসনা হিন্দুতগী ওইবা অশেংবা দলনি, হায়না লৈবাক মীয়াম খংবা, ঐখোয়না লাওথোক্লবা শকখংলবতদা মসি ওইবা য়াগনি, হাযনা মিষ্টব

জিনানা হায়বমই। ব্রাফম অসিনা, তশেংনা অকবা অমনা ওইহনখি। লীগকী মকওইবা মবম ঐখোযনা তশেংনা থংলমই, মদুগনি, ঐখোয়না তোযনা উন্ননবা লাক্লবম্বসি। মুস্লীমগী অতৈ দল কয়া'মসু ঐখোযগা ইতোত তোৎননা লৈমীন্নবমই, মখোয় অদুবু ঐখোয়না কবম্লা থৌশাবোইদৌবিবনো ? অদুগা কঙ্গ্রেসমক্তদসু মুসলমান, ওষ্ছোক্লা য়াম্লা যাওবি; মখোয খ্রবদি কার্যকোবি কমিটিদা অচৌবা ফম পাযবি। মিষ্টব জিনানা হাযবিবা অসিমক, যাবা তাববদি, কঙ্গ্রেসতা য়াওবিবা চহি যাম্লবা মরূপ মপাংশিংবু কঙ্গ্রেসতগী তাম্বোকপা তাবনি, লোয়ননা মুস্লীম কয়া'মতনা কঙ্গ্রেস য়াওবা য়াবোই, হাযনা লাওথোকপা তাবনি। (মানা হাযবিবসিমক যাবা তাববদি) কঙ্গ্রেসকী যুম্ফম ওইবিবা নিয়মখে হোংদোকপা তাই, লোযননা (ভাবত) জাতিগী ওইবা দল অসি কাংলুপ মচা অমতগী ওইবা দল ওইবা তাবনি। ঐখোযদদি, হায়বিবা অদু, খনবা যাদবা, শনফম থোক্তবা, ব্রাফমনি। কঙ্গ্রেস অসিমক হান্নানা লৈবমদ্রবদি, ভাবতা লৈবা মীপুম খুদিংমক্লা, য়াওবা য়াবা ভাবত জাতিগী ওইবা অনৌবা দল অমা লিংখৎপা তাবনি।

মিষ্টব জিনানা পামইবা অর্মদি হীবম কযাদা খন্না নৈনবদা য়ানিংদ্রিবা অসিমক ঐখোয়না ভাব তাবা ঙমদে। ঐখোযগা যান্নবা অমা পুবকপা, অর্মদি মহাক্কী অযাবা মত অমা পীবা, মহাকনা পামদে হাযবসিমঙাই ঐখোয়না অবোযবা অবেপ্পা ওইনা লৌববদা। হীবম খুদিংমক চৎনিনা থম্না, অমদি বৃটিশ সবকাবনা হাযবা অদুতমক তৌবনা মহাক্কী অপাম্না ওইবমই।

হিন্দু অমসুং মুস্লীম কৌবা জাতি অনি, ভাবতা লৈ হাযনা মহাক্লা নৌনা পুথোকপা থিউবিদা, পাঙবা থম্লগা ঙাননা, জিনাগী দাবীনি। অনিদা কবিগী ওইগদৌবিবনো, ধর্ম্মনা যুম্ফম ওইদুনা জাতিবু লৌববদি খায়দোকলবদি ভাবতা জাতি কযামকম লৈবরতাই। মচিন মনাও অনিগী মবঙা অমনা মুসলমান অতোপ্পা অমনা হিন্দু ওইবা যাই; অদু ওইববদি অপোহ অনি অদু তোঙান তোঙানবা জাতি ওইবা তাবনি। অদুগা মসিমসু ওইবা যাই, মদুদি ভাবতকী খুঙ্গংশিংদা মীশিং যাম্লবস যামদ্রবসু জাতি অনি অনিদি লৈবা তই। হাযবিবা জাতিশ অসিগী লমগী লমখৈ লৈতবা তাই, লোয়ননা লমখৈ অমগা লমখৈ অনগা যেংশিন্নবা তাই। পুন্না লৈমিন্নবা বেঙ্গলি পাঙল (মুসলমান), অমগা বেঙ্গলি হিন্দু অমগা, মখোয অনি অসি মবোনাসু তিন্নবা, মনাং চৎনবোন্নচিংবসু মান্নবা, ফাওবদা তোঙান তোঙানবা জাতি ওইবা তাই। মসি পুম্বসি লাকশিনবদা যামনা লুই, অমা হাযবসি কবিবুনো শেংনা তাকপদা লুই। জাতি ;অমগী মক ওইবা (জাতি অমগী লৈফম থোকপা) মচাকাত, অপুমবগী ব্রাখল লোযননা অতৈ (মীওইবা) জাতিগা মথোক্লবগী মান্নবা অপুনবা লিচিং অমা লৈবা তাই। মসিপুম্না ভাবতা, ঙাস কদাইফাওবা লৈবম্লগে হাযবা অসিমক যেৎনবা (মবৈ যেৎনবা) য়াবা ব্রাফমনি। মমাংঙৈদা ভাবত অসি, জাত কযামকম পুল্লবা লৈবাক অমা ওইনা চাওখৎলমই, হাযবা যাই; অদুবু মথং মথং মমৈথংদদি অমতা ওইবা জাতিগী ব্রাখল লোখি। মসি পুমবসি, ঐখোযগা মবি লৈনদ্রবা ব্রাফম, মতুংইন্না, পংহায হাযবনি। ঙসি, খ্বাইদগী মপাঙ্গল কল্লবা স্টেটশংস, তোঙান তোঙানবা জাতি ঙাকনি, অদুবু ইউঃ এসঃ এঃ অমদি ইউং এসঃ এসঃ আবঃ শুম্না জাতি অমতা ওইবগী লিচিং অশাদা চাওখৎনবকলি (চাওখৎলমদা চংশিন্নবকলি)

জাতি অনি থোকহনবা মিষ্টব জিনাগী থিউরিনা পাকিস্টানগী ব্রাখল খনবা হৌহল্লকলি নত্রগা ভাবতপু অনিথোক্লা থুগায়নবগী ব্রাখল পোকহল্লি। তশেংনমক, মদুনা ;জাতি অনি হাযবা থৌশলবু থোকহনবা যাবোই মবমদি মখোযনা মফম পুমনমক্তা শিনবা থুংনা লৈবি। তৌইগুম্বসুং মদুনা মশা অমতা ওইনা হৌবকপগী ব্রাখল পোকহল্লি। মসিনা অমুকসু ভাবতপু অমতা ওইহননিংবা কাংবুগী মবক্তা হেন্না পামশিনবা (মহাক্লা হাযবিবসিবু যানিংদবা) অপাম্না অমমুক পোকহল্লি। জাতি অমতা ওইনা লৈজবদি মশানা তাবনি। মসিবু শিংনবক্লবা মতমদতা নত্রগা থুগাযনবা মসিদা অপনবা থোকনবা হোৎনবক্লবা মতমদতা, জাতি অমতা ওইববু শোয়দনা পাম্লবক্কনি, লোযননা কায়দনা ঙাক্তুনা থম্লবা তৌনবকপদি শোয়দ্রবনি। মবমসিনা কবি কবিগুম্বদা থুগায়নবা লাক্লবনা অমতা ওইবা জাতি ওইহনবদা থোয়না হেন্না মতেং পাংই।

ধর্ম্মগী ওইবা কাংলুপনা, শেমগৎ-শাগৎপগী শক্তমগা, কঙ্গ্রেসকী শক্তমগা, অনিগী খেৎনবা মিৎয়েংদি, মক হুনবদগী হৌনা খেৎনবকলবনি। ধর্ম্মনা যুম্ফম ওইবা মকোকশিংদি, মুস্লীম লীগ অমসুং মসিগী শকক অমা ওইবিবা হিন্দু

মহাসভানি। কাংলুপকী ওইনা শেমগৎ শাগৎপনা, থিউরি ওইনা ভারতকী নিংতম্মগীদমক পাম্নোম তিংবা মতমদা, মখোয়তবু ঙাক শেম্নবা অমদি মখোয় মখোযগী ওইবা কাংলুপকী খুদোংচানবা মকওইনা ফংনবা দাযী লৌই। অসিগুম্বা খুদোংচাবা ফংনবগীদমক, মখোয়না বৃটিশ সবকাবনা তাইনজবসি, শোযদ্রবা ৱাফম্লি; মসিনা, মখোয়না খৎন-চৈনবগী থৌশিন্দগী নাম্লোকই। অপুনবা জাতি অমা ওইনা, ভাবতকী নিংতমহন্নবা হোৎনবনা, কংগ্রেসকী অপাম্বনি; অসি নত্তবা অদুক খঞ্জবা অমদি তৌজবতনি; মসিনা মবম ওইবনা, বৃটিশগী শক্তিগা লেপ্লা লৈতনা খৎনবি লোয়ননা য়ানদ্রিবনি।

ভাবত জাতিগী মহুৎশিন্দুনা লেপ্লনা, ভাবত জাতিগী ওইবনা, কুপ্পবা বৃটিশ সম্রাজগা মাযোক যানবি। লৌউর্শিংউবা, শেম্ছুম অমদি সমাজগী চাওখৎ-থৌবাংসু কংগ্রেসনা পায়খৎলি। মুস্লীম লীগ অমদি হিন্দু মহাসভানা অসিগুম্বা থৌবমগীদমক কদৌঙেদা খন্নদে, অদু থবক-থৌবম ওইনা, পুথোক্লবসু লাক্লদে। অসিগুম্বা থৌবাংদা, কোশিয়েলিট অমসুং কমুনিষ্টসু, তশেংবমক কন্না হোৎনদবদি নত্তে, অদুবু মখোয়গী ওইবা থৌবম অদু, কংগ্রেসতা অমদি মপাল লমদা ইনশিন্নবা লাকনৈ।

কংগ্রেসকী পোলিসি অমসুং থবক্তা (ধর্ম্মগী ওইবা মীওইবগী থৌশিনগা) ধর্ম্মদা যুম্ফম ওইবা সংস্থানগীগা অনিগী মবক্তা মযেক লানা খেৎনবা লৈবমই। অন্দোলন তৌবতা নত্তনা আইন শেম্বা চৎনহল্লকপগী অকনবা থবক পাযখৎলকপদা প্রজাশিংগীদমক শেমগৎ শাগৎপগী অকনবা থবক পায়খৎপদা কংগ্রেসনা অকনবা থৌদাং লৌবমই। অসিগুম্বা থৌদাং লৌখৎপদা, যুমথোং খুদিংদা পায়খৎনবিবা শিলম চাওখৎনবা শেমগৎ শাগৎনবা নমথদুনা লৈববা কাংবু পুখৎনবা অমদি হৈত্রবা য়াদ্রবা থাক্ত মহৈ মসিন তমহন্নবা য়াওবি। খুঙ্গংগী শেমগৎ শাগৎপা থবক পাযখৎপদা হকচাং ফন লৈহন্নবা অমদি হিদাক লাংথক পীদুনা অনাবা কোকহন্নবা অবায়বা থৌবম কয়া'মসু যাওবি। হাযবিবা থবকশিং অসি পাংথোক্লবা কংগ্রেসনা তোঙান তোঙানবা থৌশিন কয়াসু শেমগৎলমই, হায়বিবা কাংলুপ অসিনা বাজনিতি থৌবমদগী তোঙান্না থবক তৌই, মসিগী মনুংদা নুমিৎ চুপ্পা মতম শাংনা থবক তৌবা মীওই লিশিং কয়া য়াওবি। লোযননা মতম খবতগী ওইনা মতেং পাংবা মীওই কয়া অমসু যাওবি। বাজানতিগী খোংজংনা খজিক হম্ববকপা মতম ফাওবদা অসিগুম্বা বাজনিতিগীদি ওইদবা, শেমগৎ শাগৎপা থবক লেপ্লা লৈতনা পাংথোকই, অদুবু সবকাবগা কংগ্রেসকা কন্না লাম্ছেংনবকপা মতমদা অসিগুম্বা শেমগৎ শাগৎপগী থবক ফাওবা সবকাবনা থিংজিল্লি। শেমগৎ শাগৎপগী থবক, অকনবা পাযখৎপদা, চংবা শেন থুমগী মতাংদা, মীওই খবনা হংজিন থিজিল্লমই; অদুবু সমাজ মীয়ামগী কান্নবা ওইবনা অদুদা চিংনবদি লৈবমদে। মীয়ামগা তোৎন-তিন্ননা চৎমিন্নবা, মতম চুপ্পদা মথৌ ওইনা নোম্বা কাংববু নিংথিনা তম্বী, মশানা মশা মতোমতবু মতেং,পাংজবগী ৱাখল পোকহল্লি, লোযননা মাযামগী মফমদা মশানা মশাবু থাজহনবা পোকহল্লমই। লল্লোন ইতিক্কী অপুনবা কাংলুপশিং অসি শেমগৎপদা, কংগ্রেসতা যাওবিবা নিপা অমদি নিপীশিংনা অচৌবা মকওইবা থৌদাং লৌবমই। স্বাইদগী চাওবা, স্বাইদগী হেন্না ফজবা শেমগৎলবা, ট্রেড ইউনিয়ন, অহমেদাবাদ টেক্সটাইল ইণ্ডষ্ট্রি অসিমক কংগ্রেসতা যাওবা নিপাশিংনা হৌদোকখিবনি লোযননা খুৎশম্লনা থবক শুমিন্নখিবনি।

থবকশিং অসিনা কংগ্রেসকী থবক্কী মপুং মবৈ ফাববা য়ুম্ফমনি, অসিগুম্বা থবকশিং অসি ধর্ম্মনা যুম্ফম ওইবা দলশিংনা শুক্তৌ তৌবমদে। হাযবিবা দলশিংনা ইলেক্সনগী মবমদতা অমদি অন্দোলনগী মতাংদতা খুবাক খুদুম শিংনা হোৎনবমই। সবকাবনা লৌখৎলকপা থবক্তা, ফংহনবা মীয়ামগী অৱাবা খুদোংথীববু, কোকহন্নবা, মখোয়না কবিমতা তৌবমদে; অসিগুম্বা সবকাবগী থৌশিন্দ কংগ্রেসতনা মায়োক যাবমই। মশাগী কান্নবা থীবা মীনা নোমলগা মনা থানিংবা মীওইশিংনা, কংগ্রেসকী অসিগুম্বা থবক্তা চৎনিংলমই। অহবব অমসুং জামিইট-উল-উলেমা কৌবা মুসলিম দল অনিনা কংগ্রেসনা চথবা মওংদা বাজনিতিগী ওইবা খোংচৎ চংলুবনা, সবকাবনা তকথবকপদা মখোযনা অৱাবা কোঙ্গাই নংখি।

মশাগী ওইজবা থিবা, ভাবত্তা মীশিং হেনগৎলকনবা শেঞ্জাও পাযবনা, ভাবতপু য়োৎকে হোৎনবকলবদা, মবৈবাক নুংশিবা ভাবত মচাগী অপাম্ববু অমদি সমাজগী অহোংববু পামলবা লৌমী-শিন্মি (মশাগী লম অমদি শেন লৈজদবা) লায়ববশিংগী মীহুৎ কংগ্রেসনা ওইবমই। শম্না হাযববদা অহোংবা পাম্বা লৌমীগী লানফমদা, কংগ্রেসনা মাইবোং য়ানা লেপ্লমই। কবিগুম্বদা মসিনা কংগ্রেসকী মনুংদা খৎন চৈনবা থোক্কহল্লমই, সমাজগী অহোংববু কীবনা, মজাতিবু নুংশিবা লৌয়াম চাবা

কাংবু অমদি অচৌবা কারবার তৌবা কাংবুনা নাথৈদুনা লৈনখি। কঙ্গ্রেসকী পোলিসিদা মপাঙ্গল হাপলমই। হিন্দু অমদি মুসলমানগী ওইবা কাংলুপকী দলশিংনা জামিদারি অমদি অহোংবা পামদবা কাংলুপকা চান্ন-চিন্ননা লোয়নরমই; অহোংবা পুরক্লবা তৌবা সমাজগী অন্দোলনগী মায়োক্তা মখোয়না লেপ্লমই। য়ান্নদবগী মরমবু ধর্ম্ম কুপশিল্লবসু, তশেংবা য়ানদ্রিবা অসিনা ধর্ম্মদা করিসু তৌনিংঙাই লৈরমদে; অদুগা সমাজগী অওনবা পুরকনবা পোলিসি, মজাত্তি অমদি ডেমোক্রেটিক ওইবা মীওইগা, জামিদারিগী খুবম কায়দনা থমনিংবা মীওইগা অনিগী মরক্তা ধর্ম্মগী ওইবা দলনা মকওইনা লেপ্লম্মী। অসিগুম্বা জমিদারীগী খুবম চেৎশিনহন্নিংবা কাংবুনা, মপান লমগী মীওইগী মতেং ঙাইবদি মশানা তাবনি, মরমদি মপান লমগী মীওই-মীরৈবাক মচানা, চৎলিবা নিয়ম অমদি লৈবাক শাসনবু লেংদনা থমনিংলমই।

পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও থোরক্লবদা লৈপাক্কী ওইবা থৌদোক অমা থোকখি; মদুগী ফলনা প্রোভিন্সশিংদা লৈরম্বা কঙ্গ্রেস-শাসন থাদোকপা তাখি। মসি থোক্লিঙৈদা মিষ্টর এমঃ এঃ জিনা অমদি মুসলিম লীগকা উন্ননবা কঙ্গ্রেসনা অমুকসু হোৎনখি। কান্নবদি কয়া ফংলমদে, অদুবু ৱাবী শানবদি অদু চথনবা ঐখোয়না খল্লখি। মুসলিম লীগ অমদি অতৈ কাংলুপকী থৌদাংগা মরী লৈনদবনা, অদুগুম্বা মরী লৈনদবা বাজনিতিগী হীরম খরগী মতাংদা কঙ্গ্রেস সরকার থাদোকখি। অদুম ওইনমক, অকীবা ফংনা কঙ্গ্রেসতা ওনশিন্দুনা ফুজিন্নবগী খুদোংচাবা তাঞ্জা, মিষ্টব জিনানা লৌখৎখি; প্রোভিন্সসিংদা লৈরম্বা কঙ্গ্রেসকী লৈঙাক পথাপতগী নাম্থোকপা নুমিৎ (পালন তৌনবা) ঙাক্লবা মুসলিম লীগ, মিঃ জিনানা কৌখি . হিন্দুন অমসুং মুসলিমনা ব্যবহার তৌরবা কঙ্গ্রেসকী প্রসিডেন্ট, মৌলানা অব্দুল কলাম আজাদ মকওইনা, অমদি কঙ্গ্রেসতা য়াওবিবা মরৈবাক নুংশিবা নিংবা মুসলমানশিংদা হাযবা হৌনদ্রবা, ৱা হায়দুনা মহাক্লা থৌদোক অদু পাংথোকখি। "Day of Deliverance" (নাম্থোকপা নুমিৎ) পাংথোকখিবদু, থুৎ লাওনা তোকখি মদুগী মায়োক্তা ভারতকী মফম খবদা শিংনবা ওইনা মুসলমানশিংনা য়ানিংদবা উৎখি। তৌইগুম্বসুং মদুনা নুংশিনদবতা হেলহল্লি; অদুগা মিষ্টর জিনা অমদি মহাক্লা প্রসিদেন্ট ওইরিবা মুসলিম লীগনা কঙ্গ্রেসনা ৱাতেম্নবা পামদে নত্রগা ভারতনা মনিং মখা তম্নবা চশিনবসু পামদে হাযবসি ময়েক শেংনা উৎলি। হৌজিক লৈবিবদু কায়দনা অদুম্মক লৈবদা মদুনা হেন্না মখোয়না পামলমই।*

* লাইবিক অসি ঐহাক্লা ইবা লোয়রবা তুংদা কানাডাগী স্কোলার উইলফ্রেড কান্টওয়েল স্মীডেনা ইবা লাইরিক অমা ঐনা পারমই। ইজিপ অমসুং ভারত্তা চহি কয়ামরুম নৈনখি। মোর্ডন ইসলাম ইন ইণ্ডিয়া এ শোশিয়েল এনালাইসিস (লাহব ১৯৪৩) কৌবা লাইরিক অসি ভাবত্তা থোকখিবা সিফাই লাল্লৌ ১৮৫৭ কী মতমদগী হৌদুনা ভারত্তা লৈবা মুসলিমশিংগী ৱাখল চাওখৎহনবা, লায়না লেংথোক্লুনা ফজনা মচা খাযনা ইবা লাইরিকনি। সাব সৈয্য অহম্মদ খাঁনগী মতমদগী হৌদুনা থোরকপা চাওখৎপা অমদি মদুগী ওন্ন তৈনবদা থোবকপা পুম্বা মহাক্লা লাইবিক অদুদা নৈনরি।

# নিপানগুবা পন্দুপ

## তরুকগুবা তাংকক

# নেস্নেল প্লানিং কমিটি

১৯৩৮ ইংশোক্কী মাকমৈরাইদা কঙ্গ্রেসনা হোৎনবদগী নেশনেল প্লানিং কমিটি লিংখি। কমিটি অদু, প্রোভিন্সিয়েল সবকাব অমসুং অসিগুম্বা ভাবত-ষ্টেটশিংগী মীহুৎ যাওনা মেম্বব তবামগুনা শাবমই। মীহুৎশিং অদু ঐখোযগা লোয়ননা থবক তৌমিন্নবা খনবা ওাকনি। মেম্ববশিংগী মনুংদা ইণ্ডষ্ট্রিয়েলিষ্ট, ফাইনান্সিয়াব (শেল পুথোকপা মী), ইকোনোমিষ্ট, প্রোফেসব, সাইনটিষ্ট লোযননা কঙ্গ্রেস ট্রেড ইউনিয়নগী অমসুং ভিলেজ ইণ্ডষ্ট্রি এসোসিয়েসনগী মীহুৎ য়াওবমই। কঙ্গ্রেসকী নত্তবা প্রোভিন্সিয়েল সবকাব (বেঙ্গল, পঞ্জাব অমসুং সিন্দ) লোয়ননা অচৌবা ষ্টেটসিং (হায়দ্রবাদ, মহীশুব, ববোদা, ত্রিভানফুব, ভুপাল) অসিনা কমিটি অদুবু তেংবাংলমই। ভাবত সবকাবগী মাইবোং য়ানা থবক পুদ্রবসু অয়াবা মতেং পীনিংদ্রবসু, অমবোমদা বাজনিতিগী গুমখৈ লান্না, ভাবত্তা লৈবা অফিস নত্তবা অৱাংবা থাক্কী পনখৈ ৱাংমদা, থবক তৌবগী, কমিটি অসিনা মহুৎশিনবা কমিটি অমা ওইবমই। মীয়াম প্রজানা, ফীদমনফমনি, ধর্ম্মগী নিতি নিয়ম পুথোকপ কাংবুনি, শোসিয়েলিষ্ট অমদি কমুনিষ্ট ওইবকলবনি হায়বা মীওই য়াওনা, চাওনা লল্লোনবা মীওই কমিটি অসিদা যাওবি। প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্ট অমসুং ষ্টেটশিংদগী ইণ্ডষ্ট্রিদা যাওবা ডিবেক্টবশিং অমদি হৈ সিংলবা মীওইসু লাকলমই।

তোঙান তোঙানবা মখলগী, অঙকপা ফংনা যানশিন্নববা, মীওইশিংনা শাববা কমিটিনি, অসুম্না মবিং মবাংবা মখৈ য়ান্নববা কমিটিনা কবম্না থবক নিংথিনা পাযখৎকদগে হায়বসি অমম্বনি। চিংনবা লৈতনা, যানিংদবা তৌদনা, কমিটি অদুগী চিয়াবমেনগী ফম ঐহাক্না লৌবমই। থবক অদুমক ঐনা থৱাইনা পামজবমক্কি, থবক অদুদগী ঐহাক্না লৈথোকপা ঙমলমদে।

খোংথাং খুদিংদা খুদোংথীবা নংলমই। অশেংবা অচুম্বা প্লানিংগী মতিকচানা মচাক ফংলমদে, লোযননা মচাক্কী অচুম্বা মশীং ফাওবা (Statistics) লৈবমদে। ভাবত সবকাবগী মতেং ফংলমদে। প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্টসু, তবাম তবাম তৌই, য়াওই হায়বদুমগাই ভাবত পুম্বগী ওইবা প্লানিংদা, কবিমতা খংদবগুম তৌবমই; ঐখোয়গী থবক্কুদা যাওদবা য়াদবগুম নাথৈবমই। মখোয় মশাগী মথৌ তৌবদা, অৱাবা মায়োক্লবদা, মখোয়সু মথৌ য়াম্না চিনখিবনা কমিটি অদুবু, কবম্না চাওখৎহনগদগে খংদবা, মতুংদা তৌবক্কদবা থবকপু চিংনবা, মসি পুম্বনা মবম ওইবনা কমিটি অদু থৱাইতাদবা অঙাং অমগুম লৌবমই। অচৌবা কাববাব শোয়দনা ওইবক্কনি উবনা, অমবোমদা খ্বাইগী যেৎনিনংঙাইসু ওইবনা, কাববাব তৌবা কাংবুনা য়াওশিল্লকপগুম তৌবমই; মবমদি কমিটি অসিগী মপান নত্তনদি হায়বদি কমিটি অসিনা হোৎনববতদা, মখোয়গী কান্নবা মখোয়না নিংজবা থুংগনি হায়বনা মখোয়গী নিংজবনি।

মতিক চানা মপাঙ্গল কনবা, সমাজগী অমদি শেন্থুমগী লমদা যুম্ফম ওইবা, অচুম্বা অহোংবা পুবকপা ঙম্বা, মীয়াম্না যানববা, মনিংতমলবা, মবৈবাক্কী ওইবা সরকাবগী মখাদা শিনবা থুংনা মপুং ফাববা প্লানিং পুবকপা যাগনি হায়বসি চুম্লবা ৱাফমনি। মবম অসিনা প্লানিংগীদমক্তদি, জাত্তিগী ওইবা, নিংখা তম্বা ফংনবা অমদি মীবৈবাক মচাগী মখাদা লৈববু মক ফুকপা, অসি হান্নবা তৌদ্রবা য়াদ্রবা মকওইবনি। সমাজগী হুম্ববা ফীবম, চৎনবী, ইনাৎকী শক্তম অসিনচিংবা অপান্বা কয়ামকম লৈ, অদুনা অসিগুম্বা খুলৌ পল্লৌবা অপম্বশিং অসি, করি কবিগুম্বা মতমদা থেংনবা তাবনি। তুংদা কবি ওইবক্কদগে খংদবনা, হৌজিকমক্কীদি প্লানিংনা কবিসু ওইবা যাদে; অদুগা মসিগী মতাংদা চুমদবগী ইবাং অমসু লৈবি।

অদুমকপু হৌজিক ওইবিবা ফীবমনা য়ুম্ফম ওইবা তাবনি, লোয়নননা মসিগী তুংদা থোকলগদবা অদুসু পংলাপ লাক্লসু নত্তে। অফংবা মচাক মখৈ ঐখোয়না খোমজিনবা ঙম্নবা লোয়নননা মদুবু পুনশিল্লবা অদুগা মদুগী মতেংনা প্রিন্ট লৌথোক্লবদি, মতুংদা শোয়দনা অবেপ্পা ওইবগদবা প্লান্নিং অদুগী হৌবকফম য়ুম্ফম অদু শেম শাবদি ঙমফম থোকই; লোয়নননা প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্ট অমদি অতৈ ষ্টেটনা চত্থবক্কদবা চাওখৎলমদা দবকাব ওইগদবা মচাক্কী পবিং অমদি খংজবা ঙমগনি। শেষ্টুম, ধর্ম্ম অমসুং কলচবগী লমদা, জাত্তি অসিগী তোঙান তোঙানবা থবক কয়াবু, অমগা অমগা চাশিন্ননবা য়েংশিনবা অমদি শেমগৎপা হোৎননবা ঐখোয়গী অমদি সধাবণ মীয়ামগীদমক অব্রাংবা থাক ফাওবা মহৈ মশিং তম্বা তাবনি। অপীকপা ব্রাখলনা অমদি থবকনা খুদুম চনবদগী, মসিতনা মীয়াম্বু নাম্থোকতনবা ঙমগনি, অমগা অমগগী লৈনবিবা মবী খলহনগনি, মীযামগী ওইবা অমগা অমগা মতেং পাংনবা ব্রাখলবু পাক্লা শন্না চাওথোকহনবা ঙমগনি। কল কাবখানা অমদি খুৎশা হৈবগী থবক পাকথোক শন্দোকহনবা অসি প্লানিং কমিটিগী মরুওইবা পামজবা পান্দর্মনি - লাইব অনং অমসুং থবক ফংদবগী প্রোব্লেম, জাত্তি অমগী মশা ঙাকথোক্লবা, মীবোন কয়াগী শেষ্টুমগী ফীবম ফগৎহন্নবা প্রোব্লেম, কল কাবখানা অমদি খুৎশা হৈবতনা পাংথোকহনগদবনি। কলকাবখানা লিংখৎনবা জাত্তি অমগী প্লানিং পাকচাওবা কাযাৎকা লোয়নননা শেমগদবনি। অচৌবা কল কাবখানা হৌহন্নবা মবম, লোয়নননা মযাই ওইনা চাওবা অমদি য়ুম য়ুম খুদিংগী ওইবা কলকাবখানা চাওখৎহন্নবগী অকুপ্পা মবম স্কীম অসিদা যাওহনগদবনি।

তৌইগুম্নসুং প্লানিংনা লৌউশিংউববু থৌওইদবদি গাদে, লৌউবা ইংখোল কোযবা হাযবসি মীয়ামগীদমক থাদোকপা যাদ্রবনি লোযননা মীয়ামগী কান্নবগীদমক মীযাম্না মশানা শুজবা থবকসু, মান্নানা থাদোকপা যাদনা মর্কনি। পোৎ অমগা অতোপ্পা অমগা থাদোক্লবা যাদনা মবী লৈনৈ, পোৎ অমতবু তোঙানহনবা, হীবম অমতদা চাওখৎনবা তৌবা, অতৈ অতোপ্পবুদি চাওখত্তনবা তৌবা, ওইথোক্তে। চাওখৎ থৌবমগীদমক্তা প্লানিংগী মত্তা, ঐখোয়না পাক শন্না খন্নাদ্রবমখৈ, ঐখোয়না তৌবা যাবা মমল খুদিংমক, শুনা শোকত্রিবমখৈ, খন্নবিবদু থুনা অমদি হীবম শুনা পাক শন্না খন্নবা তাবনি। হাযবদি, পোৎ খুদিংমক চাং অমদা কাংলুপ নাযহননিংই হাযবা নত্তে; প্লান অমগী তোপ তোপ্পা শকক অমা কুপ্পা খন্নবদা, অতৈ কযাগী ওইফম থোকপা, মবী লৈনবা শককসু কাওবোইদবনি। থবক্কী পুকনিংহনিংঙাই ওইববা মওং অসি ঐঙোন্দা ফাওই, অসিগুম্বা কমিটি অসিগী মেম্বর অতৈদসু মখোয়গী পুক্নিংদা ফাওবমগনি নিংই। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্না মত্তাংদা, চনৈনবা মপুং মবেপ ফাদবা কয়া'মসু (ঐখোযগী) ব্রাখলদা নাবোন্দগী চংলক্লবা নত্তে; প্লানগী মকওইবা শকক অমদা, পুক্নিং হকচাং চপ য়ুংনা থিংজিনবগী মহত্তা ঐখোযগী ব্রাখল চোযজায়নবসু য়াওবকই। অথুবা অমদি অতপ্পগী কান্নবা কান্নদবা, খনবা ঙমদ্রবা, থবক্কী অশেংবা মওং উবা ঙমদ্রবা, অককনবা মতমগী অবেপ্পা ফল তাহনবা ঙমদ্রবা, ঐখোযগী সব কমিটিনা পাযখৎলকপা থবক্তা, মথক্তা হায়বিবা চোয়জাইনবা ব্রাখলনা হেক হেক থিংজহল্লি।

"ঐখোয় খবা পুশিন্দুনা কমিটি অমা শাববসু, সমাজ-মীয়ামগী নুংঙাই য়াইফনবা শাগৎপদা, চংইবা য়ুম্ফম ওইববা, নিতি নিযম নত্রগা পোলিসি হৌবকফম খন্নবকপমক্তদা, ঐখোয় পুম্নমক মত অমতা ওইনা হেক য়ান্নবা ফাওদা লায়না থোক্তে। মাগী মাগী অপান্বা মতুংইনা, খন্নবিবদু পুনশিন্নবা হোৎনবকপনা হেক হৌবকপমক্তদা তোঙান তোঙানবা মান্নদবা খোংজংনা য়ুম্ফম ওইবকই; মদুনা কমিটি অসি মচেৎ তানা থুগায়বা ফাওবা থোকহল্লি। মসিমক থোকহল্লোয হায়ববদি, মানা মানা পুনবিবা ব্রাখল অদু যাম্না থমোই শেংনা থাদোক্লবা তাবনি; অদুবু মদুমক থোকহন্নবা উপায কবিমত্তা লৈবমদে। মীয়ামগী ওইবা লোয়নননা লনাইগী ওইবা মসিগী প্রোব্লেম অদু থবক ওইনা, ভাবনা শাবা নত্তনা, খন্ননবা ব্রাবেপ্পবম্মী লোযননা অসুম্না খন্নদুনা নিতি নিয়মশিং শাগৎপা শেম্বা য়ানবা তৌবমই। চাওবাক্লা হায়ববদা কন্না তর্কশিনবা কাংবু অনি লৈবমই ঃ– অমনা শোসিযেলিষ্টনি, মখোয়না শেন্দোং য়াওহন্দনবা কন্না হোৎনৈ, মীপুম খুদিং চপমান্নবা কাংবুনি, খাজনা পীদনা কাববাব তৌবা মখোযনা পামই, হেক ঙমইবমখৈ শেন্দোং লৌনিংই লোয়নননা, পোথোক ঙমইবমখৈ থোকহন্নিংই। অচৌবা কল কাবখানা থুনা লিংখৎহন্নিংবা কাংবুগা, য়ুম অমদি খুঙ্গংগী ওইবা খুৎশা হৈবা চাওখৎ হন্দুনা থবক ফংদবা, থবক অমুক ফং অমুক ফংদবা, মীয়ামগী থবক পীবা পান্বা কাংবুগা অনিগী ব্রাখল অমদি

মিৎয়েং খেৎনরমই। অসুম্না খেৎনরকপসিনা কায়নথংদা অরোয়বা ৱারেপ লৌবা মতমদদি পুমখেন খেৎনরমই। অসুম্না খেৎনবকপসিনা কায়নথংদা অবোয়বা ৱারেপ লৌবা মতমদদি পুমখেন খেন্নবা মশানা তাবনি। অফংবা অচুম্বা মবম, পুম্নমক খোমজিন্দুনা পুনশিল্লগা মান্ন-মান্নবা মবমশিং লৌখৎপগা লোয়ননা খেৎনরিবা শকক অদু খংদোক্লবদি অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা রিপোর্ট (মত) লৈদুনসু লৈবা ডেমোক্রেটিক সবকাব অদুনা করম্না পোলিসি হান্না লৌখৎকদগে হায়বদু খনগত্তুনা পায়খৎপা য়াই। মতাং অসিদা প্রোব্লেম অদুগী তোঙান তোঙানবা মবমশিংদু মীয়ামগী অমদি প্রোভিন্সিয়েল অমসুং ষ্টেট সবকারগী মাংদা থমদুনা মকওইবা লৌখৎফম থোকপা অদু শেমশাবা য়াই।

অবেপ্পা অপাম্বা খব য়াওদনা, সমাজ মীয়ামগী অনিংবা খবা লৈতনা, য়াম্বা য়ামদবদি লাইবদুনা, প্রোব্লেম অমতা ঐখোয়না খন্নবা ঙমদে; মসি শেংলবনি। মীয়ামগীদমক হিংদুনা লৈনবা, য়ুম্বানগী অবেপ্পা চাংচৎ অমা লেপ্পা হায়বসিনা, মীওইবগী কীননিংঙাই ওইববা, লৈত-লাইববা কোক্লবা অপাম্বা অদু লাপথোকলমই। থাদা মী অমগী চাকথুং খেৎনববদা লুপা ১৫ দগী লুপা ২৫ ওইহন্দুনা ইকোনোমিষ্টশিংনা হন্নবা য়াদ্রবা পীক্লবা চাংচত্তা শেন্না চাকথুং লেপলমই। (হায়বিবা অসি লান মমাংগী ওইবা চাংনি।) নোংচুপ মাইকৈগীগা চাংদম্নববদি মসি য়াম্না হন্নববনি, অদুম্নদি ওইবগা হৌজিকমক ভাবতকী ওইবিবা ফীবম মতুং ইন্নদি য়াম্না হেল্লবনি। চহিগী ওইবা, মী অমগী চাংচৎ চাওবাক্লা পাববদি লুপা ৬৫ ওইরমই। হায়বিবা অসি লাইব-ইনাকখুনবা অমদি সহবদা খুঙ্গংদা লৈবা মীপুম্নমক তেমলগনি। লাইববা অমগা ইনাক খুনবা অমগা, অনিগী মবক্তা লৈল্লিবা চাওববা খেৎনবা অসি য়েংলুববা লোয়ননা মী খবনা পায়শিন্দুনা থমইবা শেনপুন য়েংলবদি, খুঞ্জা অমগী ইনকমগী চাংচৎ য়াম্না হন্নববনি হায়বদি চাওবাক্লা চহিদা মী অমগী লুপা ৩০ বোম ওইগনি। লায়ববগী কীনিংঙাই ওইববা, অনংবা, অমদি মীয়ামগী অৱাবা, হায়বিবা চাংচৎ অসিনা কোকহনবা য়াগনি। মীওইবা অমনা হিংদুনা লৈবদা চংদ্রবা য়াদবা ৱাৎপা য়াদ্রবা পোৎলম কয়াগী অৱাৎপা লৈ, হায়বদি চিঞ্জাক, শেৎনচানবা ফীবোল, অমদি লৈনবা য়ুম ৱাৎপা য়াদ্রবনি। অৱাৎপসি কোকহন্নবা হন্নবা য়াদ্রবা চাংদগী তাদনা, জাত্তি অমগী ওইবা, মী অমনা ফংফম থোকপা ইনকম হেনগৎহনবা তাবনি; হেনগৎহল্লিবা পোথোকক্কী মথক্তা, চপ মান্নবা লন য়েম্বোকপা তাবনি। তশেংনা নুংঙাইববা, য়ুম্বান অমগী চংদ্রবা য়াদ্রবা, নেশনেলওয়েন্ট অসি চাদা ৫০০ নত্রগা ৬০০ হেনগৎহনবা তাবনি হায়বা ঐখোয়না হিংসাব পানরবনি। অদুমকপু, ঐখোয়গীদমক্তদি মসি খংৱাং ৱাংখৎলবনি, অদুনা চহি তবাদা চাদা ২০০/৩০০ হেনগৎহনবদি ঐখোয়না পামই।

শেম্বুমগী য়ুম্বান তোঙান তোঙানবা কাংলুপ খাইদোক্তুনা, তোঙান তোঙানবা মতমগী ওইনা শোয়দনবা হোত্তুনা প্লানগীদমক ঐখোয়না চহি ১০ গী ওইনা লেপ্লমই। অপাম্বা চাংয়েং খবসু খন্নবা পুথোকলমই ঃ—

(১) হকচাং ফনবা চিঞ্জাক – থবক সুবা মী অমগী ২,৪০০ গী চাংগী ওইবা কেলোবি য়াওবা চাং-মখল শুনা য়াওরবা চিঞ্জাক।

(২) শেৎন-চানবা ফীবোন-চহিদা মী অমনা শীজিন্নবা চাওবাক্লা গজ ১৫ দগী গজ ৩০ গী শেৎন-চানবা ফীবোন।

(৩) লৈনবা য়ুম-কৈ – মী অমগীদমক য়ামদ্রবদা স্কাব ফুট ১০০ গী য়ুম।

(ক) লৌউ-শিংউবগী পোথোক হেনগৎহনবা।
(খ) কল-কারখানগী পোথোক হেনগৎহনবা।
(গ) থবক ফংদবা মীশিং তাথহনবা।
(ঘ) মী খুদিংগী ইনকম হেনগৎহনবা।
(ঙ) লাইরিক হৈতবা মী লৈহনদবা।
(চ) সমাজগী কান্নবা থবক হেনগৎহনবা।
(ছ) মীশিং ১০০০ খুদিংদা ইউনিট অমগী চাংদা হিদাক লাংথক ৱাত্তনা থম্বা।
(জ) হিংবদা চংদবা য়াদ্রবমখৈ চাং অমদা হেনগৎহনবা।

হেক ঙমইবমখে জাত্তিগী ব্রাত্ত পাদবনা লৈবাক অপুন্নগী ওইবা অপাম্বনি। জাত্তি পুন্নগী ওইবা, অমগা অমগা লল্লোন ইতিক তৌবসু য়াওরোইদবা নত্তে। অদুম্মদি ওইরগা শেঙ্গাও পায়বগী শেঙ্গুমগী ওইবা চাওরবা ঈরে ঈনুংদা চংশিনখিদবদি ঐখোয়না পামই। নিংথৌ পানবশিংগী খুর্জি মখাদা লৈবা লোয়ননা ঐখোয়মক মখোয়গী মখাদা লৈদুনা চাওখৎ থৌরম পায়খৎপা, ঐখোয় পামদে। য়ুম পানবদা চংদ্রবা য়াদবা, চিঙ্গাক, শেমশাবদা চংবা পোৎচং অমদি শাদুনা লোয়রবা পোৎ মরাং কায়না ফংনবা লাক্লবনা লৈবাক অসিগী ইহান হানবা তৌদ্রবা য়াদ্রবনি। অহেনবা পোখোক পৈশিনদুনা মাংহল্লোয়দবনি; মসিগী অতে লৈবাক্কা য়ান্নবা অমগী মখাদা সীন্নগদবনি। মীরৈবাকতা পোৎ থাদোক্লুনা তানবা শেনতনা, জাত্তি অমগী শেঙ্গুম লাক্লবগী য়ুমফম ওইবনা, অতে জাত্তিগা খৎনবা তোয়না থোকহল্লি; অদুগা মীরৈবাক্কা তৌনবা লল্লোন ইতিক হেক থিংজিনখিবদা ইখং খংহৌদনা নিংবা কায়গল্লি।

নিংথিনা ইরবা, শোসিয়েল থিউরি য়েংদুনা, ঐখোয়না হৌদ্রবসু ঐখোয়গী সমাজগী (মীয়ামগী) অপাম্বদি য়াম্না শেংলবনি; অসুকক্কী মতিক শেংই মদুনা প্লান্নিং তৌনবা, ময়ামগী ওইনা মান্নরবা, য়ুম্ফম ওইবা মচাক পীবি। নিয়ম অমগী মখাদা মরী লৈননা, অমগা অমগা মতেং পাংনবনা, প্লানিংগী য়াম্না মরুওইবা মচাকনি। লগাম য়াওদনা শু-নোম্বা, থিংদ্রবা মতমদা, প্লানিংগী স্কোপ কন্না ঙাক শেনবা তাবনি। ঙাক শেনবগী কল কাবখানাগী মরীদা প্লানিং অসি সরকারগী ওইগদবনি লোয়ননা সরকাবনা য়েংশিনগদবনি। অদুগা মরুওইবা কল-কারখানাগী মতাংদা ষ্টেটকী (সরকারগী) ওইগদবনি হায়না কমিটিগী অযাম্বা মীশিংনা মত পী অদুগা কমিটিগী মরুওইবা মীওই খরতনদি, ষ্টেট সরকারনা পায়শিনবতনা ফগনি হায়না মত পী। অদুম ওইনমক হায়বিবা কল কাবখানাশিং সরকারনা পায়শিনবা হায়রবসিদি তৌদবা য়াদ্রবনি। মসিমসু খঞে, মীয়ামগীদমক তৌদ্রবা য়াদ্রবা অদুবু সরকারগী মরুওইবা বিভাগকী ওইগদবনি — মরুওইবা সবকারগী বিভাগ হায়বদি কেন্দ্র সরকাব, প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্ট নত্রগা লোকেল বোর্ড ওইগদবনি। লণ্ডন ট্রান্সপোর্ট বোর্ডকুম্না কাংবুনা মীয়ামগ চংদ্রবা যাদ্রবা পোখোক্কী কল কাবখানাবু য়েংশিনগদবনি হায়নসু হায়বা য়াওই। অতে কান্নবা অমদি মরুওইবা কল-কারখানাগীদমক্তদি তোপ তোপ্পা ইবা নিয়ম লৈতে অদুম্মদি ওইরগা প্লানিংগী মওং অদুম্না কলকাবখানাগীগা খেৎনববা, মওং কয়াদা লাকশিনফম থোকই হায়বসিমদি শেংলবনি।

ষ্টেটকী ওইবা কল কারখানাগী এজেন্টতি, চাওরাকপা নিয়ম অমা ওইনা, মনিংতম্বা পব্লিক ট্রষ্টনা ওইবনা ফৈ হায়নসু হায়নৈ। অসিগুম্বা ট্রষ্ট অসি, মশানা মীযাম্না মপু ওইবনি, মীয়ামগী মখুত্তা লৈবনি লোয়ননা ডেমোক্রেটিক্কী হেক মখাদা চংলকপা খুদোংথীবা অমদি মতিকচাদবা অদু য়াওদ্রবনি। মীয়ামগী অপুনবা (কো-ওপবেটিভনা) মপু অমতা ওইবা, অমতা ওইনা য়েংশিনবনা ইণ্ডষ্ট্রিগিদমক্তদি কো-ওপবেটিভপুসু কনামনা প্রস্তাব তৌই। কল কারখানাগী শাখা প্রশাখা পুম্নমক্কী চাওখৎ থৌরাংবু কুপ্পা য়েংশিন্নবা লোয়ননা চাওখৎ খোংথাং থাংজিল্লকপা খুদিংদা, মতম মতমগী ওইনা য়েংশিনবসু প্লানিংদা য়াওরি। কল কারখানা পাকথোক চাওথোকহনবদা তৌদবা য়াদদুনা ষ্টাফগী খুৎশা হৈবগী লমদা, তমলুনবা থাবসু প্লানিংদা য়াওবি; অদুগা অসিগুম্বা ট্রেনিংগী (তম্নী তাকপীবগী) থবক পায়খৎনবা সরকাবনা ইণ্ডষ্ট্রি কযাবু কৌদুনা শিলহনবা য়াবগী মতাংসু য়াওরি।

লম শিন্দোক-শিনজিন তৌবগী মরমদা ই-বা চুম্নগী নিয়ম কয়াসু য়াওবি। লবুক, খনি, নুংনচিংবা লৌফম, তুরেল অমসুং জঙ্গল অসি মহৌশা কৌবী লাইবেন্নীগী পুকৈনি; ভারত্তা লৈবা মী পুম্নমক্কা মসি পুম্নগী মপুনি। মীয়ামগী অপুনবা অমদি কো-ওপরেটিভকী ইংখোল শেমগৎ শাগত্তুনা লম শীজিন্নরকপা মতমদা কো-ওপবেটিভকী নিয়ম আইন ঙাক্কা চৎকদবনি। অদুম্মদি ওইরগা লম মচেৎ-মচেৎতা লৌউজবা লৌমী-লৌমীগীদমক্তদি অপীকপা চাংদগী হৌবনা লৌ উবা য়ারোই হায়বা করিমত্তা য়াওদে; তৌইগুম্বসুং তালুকদার, জামিন্দাবনচিংবা ময়াই ওইনা লৈবা মীওইবু, সবকার অমগা অতোপ্পা সরকার অমগা শিন্নববা মতুংদা, সবকারনা য়ারোইদবনি লৈহল্লোয়দর্বনি। মখোয়গী লৈজরম্বা রাউট অমসুং টাইটল পুম্নমক মথং মথং ওইনা সরকারনা লৌশিনগদবনি। লৌউবা য়াবা লমহাংদা য়াম্না থুনা ষ্টেটনা কলেক্টিভ ফার্ম লিংবা তারমই। কো-ওপরেটিভ ফার্মদি লনাই মীওই, অমদি মীয়াম পুন্না মপু ওইমিন্নবা কাংবুগা, পুন্না থবক

তৌমিন্নবা য়ারমই। তোঙান তোঙানবা জাৎ খরগী, চাওখৎ থৌরাংগীদমক্তদি, লম খরা থাবা য়ারমই; মদু তৌরবদি হেন্না হৈশিংলবা তোপ তোপ্পা কাংবুবু অতে কাংবুদগী হেন্না পুক্লিং থৌগৎপা য়ারমই।

সমাজনা য়ানরবা মওংদা, শেন-পুথোকপগী নিয়ম, ঐখোয় অমদি ঐখোয়গী মরক্তগী মী খরনা পুথোকনিংলমই। বেঙ্ক, ইন্সুরেন্স, অসিনচিংবা সরকারগী ওইহন্দ্রবসু মখোয় অসি সরকারগী নিয়ম মখাদা শেন পুথোক পুশিন তৌবা (মীরৈবাক্তা থাদোকপা মীরৈবাক্তগী পুশিল্লকপা) অসিসু সরকারবু খুৎ চনশিলহল্লিংলমই। মখল কয়াগী উপায়না লম অমদি মরুওইনা খুৎশা হৈবা কল কারখানাগী থবক্তা হেক য়াবমখৈ সরকারনা য়েংশিনবা অমদি লৌশিনবা তাবনি; মদুদা হায়বদি করি করিগুম্বা মতাংদা খর খর খেৎনবদি য়াই; অদুগা লনাই ওইনা হোৎনজবমখৈদি নিয়ম অমগী মখাদা য়াবিবা তাবনি।

অসুম্না তোপ তোপ্পা হীরম খরদা, কুপ্পা খন্ন-নৈনদুনা ঐখোয়গী সমাজগী ওবজেক্টিভ অমদি পোলিসি, ঐখোয়না মথং মথং ওইনা চাওখৎহনবা তাবনি। মসিদা অহোবা য়াওরকই, করি করিগুম্বদা চনৈনবা লাকই, অদুদগী হেন্দোক্তুনা করিগুম্বদা তায়ওন্নবা য়াওরকই মসি পুম্বসি থিউরিগী মতাংদা মপুংফারবা স্কীম অমা ওইখিদবননি। ঐখোয়গী কর্মিটিগী মরক্তা, মান্নদবা মচাক কয়া'মা লৈরবসু, অয়াম্বনা মত অমত্তা ওইনা য়াননা, ঐখোয়না পাংথোকপা অসিসু, ঐহাক্তি ঙক্তবা ঙমদে। খ্বাইদগী চাওবা কাংলুপ অমতনা, অচৌবা লল্লোন ইতিক্কী মচাক ওই অদুগা শেছুম অমদি লল্লোন ইতিক্কী হীরম অয়াম্বদা মখোয়না খল্লিবা অমদি য়েংইবা মিৎয়েং অসি তশেংবমক মরনাইগী ওইনা তৌই। অদুম ওইনমক থুনা চাওখৎলক্লবা তকশিনবা, লায়রবা থবক ফংদবগী অৱাবা কোকহনবা ঙমগনি হায়না ঐখোয়না থাজরিবা অসি অসুক মতিক কনখ্রে মসিনা ঐখোয়বু হায়গী লম্বী থাদোকহন্দুনা অনৌবা উপায় পুথোক্লবা খলহল্লি। থিউরিতগী ওইবা খোংজং ঐখোয়না উরকপনা ঐখোয়বু তোপ তোপ্পা মাইকৈ অমতদা অশোয়বা নায়দনা চিংশিল্লি। প্লানিং কমিটিগী মেম্বর পুম্নমক্কী অমগা অমগা মতেং পাংনবা লিচিংনা ঐহাকপু নুংঙাইহল্লি, পুক্লিং তপথহল্লি; রাজনিতিগী মতাংদা য়েৎনবা, কৰিসু নত্তবদা খৎনবা, অদুগী নুংঙাইতবা অদুক, মদুগী ওন্ন-তৈনবদা, মসিনা, ঐহাকপু নুংঙাইহল্লি। ঐখোয় অমগা অমগা খেৎনবসি ঐখোয়না খংজৈ, অদুবু হায়নরিবা মরুওইবা শরুক খন্ন-নৈনরবা মতুংদা, ঐখোয় অয়াম্বনা নত্রগা ঐখোয় পুম্নমক্তা য়ানরবা, মরুওইবা ৱারেপ তাননবা ঐখোয়না মহৌশানা হোৎনৈ অদুগা হোৎনবদুদসু মাই পাকই।

কমিটি অমা শেমদুনা, মদুদা ঐখোয়না থবক পায়খৎপদা নত্তনা, ভারতকী ওইনসু থবক পায়খৎলবনি, অদুবু মদুগুম্বা শোসিলিজম সেমগৎনবগীদমক্তদি ঐখোয়না খম্বা (প্লান তৌবা) ঙমদ্রি। অদুম ওইনমক, ঐখোয়গী প্লান্না চাওখৎলকলিবনা, ঐখোয়না তৌরিবা প্লান্না শোয়দনা শোসিয়েলিষ্টকী ফীবম তাহন্নবা য়ুম্ফম সাগৎপদা লমজিংলক্কনি হায়বসি ঐগী থাজবনি। সমাজগী মনুংদা লৈরিবা দরকার ওইবা মচাক্কী অরেপ্পা পনখৈ পল অসি লৌথোক্তুনা, সমাজ মীয়ামগী ওইবা ফীরেপ, য়াম্না থুনা শন্দোক্লবা লমজিংলকলি। য়ুম্বান-কৈবান মশাগী ফীবম ফগৎহন্দুনা, চাওখৎ থৌরাংগী লমদা চংশিনহন্দুনা, ফুমবংননা লৈরবা বুদ্ধি লৌশিং-জ্ঞান অমদি তৌবা ঙম্বা শক্তি ফুদোকহন্দুনা, সধারন প্রজা অমগী কান্নবা পুরকপগী য়ুম্ফম প্লানিংনা ওইগনি। মীয়ামগী নুংঙাই য়াইফবা পুরক্লবা, প্রজাগী ওইবা সরকারনা শিন লাংবগী নিতি নিয়ম (শোসিয়েলিষ্টিক দোক্ট্রিন) য়ানিংলমদবশিংনা অমদি কাংলুপ কয়ানা মতেং পীদুনা প্রজা (প্রজাগী মীহুৎশিংনা) নিংতমনা, সাসন তৌবগা মরী লৈননা (মথক্তা) হায়রিবশিং অসি পাংথোক্লবা হোৎনগদবনি। প্লান অসি মরম খরদা শোম্বহন্নবা অমদি মশানা মপুংফাবা থবক ওইনা চথবা ঙমলক্রবা অদু ফাওবদা, অমগা অমগা মতেং পাংনবা খুৎশম্ননা চৎমিন্নবা হায়বসি, ঐনা নিংবদি, য়াম্না দরকার ওই। ফননবদা ওইনা, হেন্নিম্না ঐহাক্না খল্লব্রা ? অচুম্বা মাইকৈদা, খোংথাং কননা থাংজিল্লিবা অদুক, অদুম্না চংশিনবদা থোকইবা পাঙ্গল অমদি শক্তি অদুনা অফবা অমদি চাওখৎপা পুরকপদা হেন্না কান্নহনগনি হায়বসি ঐগী থাজবনি। মদুদা য়েৎনবা থোরকলবদি মদু মাইরোং য়াবা তাবনি; য়েৎলকইবা অদুবু নমথরবা, নত্রগা ঙমহন্দ্রবতদা শোয়দনা কান্নবা ফংগনি। মরুওইনা রাজনিতিগী লমদাং তৌবগুম, ঐখোয়গী ইরক্তসু, অয়েৎপা কয়া থোরকই তৌবতদি, মদু (তুংদা), মমৈদা তুং কয়া কোয়বা য়াদে। মরম অসিনা প্লানগী মতাংদা ময়ামগী ওইনা অয়াবা

পুবকপগী মমল য়াম্না য়ামই। ফীদমনফম ওইবা ৱাখলনা যুম্ফম ওইদুনা, ব্লু-প্রিন্ট অমা য়েকপদি য়াম্না লায়। প্লান অমবু নিংব থুংনা, থবক ওইনা পুবকপদা, মকওইববা মযাম্না যাবা অমদি য়াথং পীবা অসি, ব্লু-প্রিন্ট কয়া অমা হান্না থমলগা, মদুগী মতুংইন্না পুবকপদি য়াম্না লুনা থোকই।

কন্না লাকশিনবা, অমগা অমগা মরী লৈনহনবা লোয়নবা নাইতোমতগী ওইবা নিংতম্বদা অথিংবা পীবসি প্লানিংনা তৌদ্রবা য়াদ্রবসু, হৌজিক ওর্গবিবা ভাবতকী ফীবম অসিদা, অওইবমক, প্লানিংনা পাকচাওনা নিংতম্বপু শন্দোকপদা লময়ানগনি। ঐখোয়না নিংতম্ববু মাংহল্লোযদবনি। নিংতম্বতনি ঐখোয়না তানগদবা ডেমোক্রেটিক চৎপা লৈবাক অমগী ফীবম তাববা, পুন্না থবক শুম্নিবা, কল কাবখানাবু শৌগৎলবদি, হকচিনবা আইন অমসুং শক্তিনা, মপুং ওইবদগী থোবক্কদবা খুদোংথীবা ঙাকথোকপা ঙমগনি।

ঐখোয়গী অহানবা মীফমদা, শেম্বা যাবা ৱাতং কয়া অমা শেমখি, তোঙান তোঙানবা সবকাবগী বিভাগতা, মীযামগী অপুন্বা সংস্তান, বিশ্ববিদ্যালয়, চেম্বর ওফ কম্মর্স, ট্রেট ইউনিয়ন, রিসার্চ ইন্সটিট্যুসন অসিনচিংবদা ৱাতংশিং অদু থাখি। তোপ তোপ্পা হীবম কয়াগী বিপোর্ট পীশৎলকনবা, অমদি থিজিন হুমজিন্নবা সব কমিটি কুনমাপালসু শেমলমই। শেমলিবা সব কমিটি অসিগী মনুংদা নিপান্না লৌউ-শিংউবগীনি, তবেৎনা ইণ্ডষ্ট্রিগীনি, মঙানা লল্লোন ইতিক অমসু শেঙ্গুমগীনি, অনিমনা চৎথোক-চৎশিনগীনি, অনি অমনা মহৈ-মশীং তম্বগীনি, অনিনা মীয়ামগী শেমগৎ-শাগৎপগীনি, অনি'মনা মীয়ামগী মরী লৈনবা পোকপা শিবা শিনফমনচিংবগী অককপা মশীং খংজিন্নবনি; অদুগা অমনা প্লান ইকোনোমিদা নিপাগী থৌদাং লৌনবনি। সব-কমিটিশিং অসিদা খবা হেন্দোক হেল্লিন, তাথোক-তাশিন তৌবগা ঙমমক্লা মেম্বব ৩৫০ লৈবমই। কাববাব তৌবা মীওই, পুলিস অসিনচিংবা হীবম অমমমদা হৈ-শিংলবা ঙাক্লা মেম্বব ওইবমই। লৈবাক অসিদা লৈবা মবুদ্ধি মবৌশিং লৈববা মীওই অয়াম্বা যাওনবা যেংদুনা, ঐখোয়না মবন্নাই ৱাখলনা, য়াম্না যাওনিংলবসু ঐখোয়গা লোয়ননা খুৎ শম্ননা থবক তৌবদা য়াওহল্লমদে। ঐখোযগী থবক্তা অসুক্কী মতিক মী য়াম্না য়াওশিল্লকলগা, মদুনা হীবম কয়া পাংথোকপদা মতেং ওইবম্মী। মখোয়গী তোপ তোপ্পা বুদ্ধি লৌশিং অমদি খং-হৈবগী কান্নবদু ঐখোয়না ফংলমই, অদুগা মানা মানা খংজবা হৈজবা লমদা শালমদা পাক্লা চাওনা মখোয়না খঙ্গবা চথবা ঙমজবমই। লৈবাক শিনবা থুংনা প্লানিং তৌবদসু ওম্বোক্লা নুংঙাইবা পোকলমই। মী মশীং যামনবনা কবিগুম্বদা খুদোংচাদবসু লাকই; মবমদি থবক চিনবা মীওইনা পাকচাওববা লৈবাক অসিদা শিনবা থুংনা শন্দোক্লা, চায়না লৈখিবনা মখোয় মশেন তোয়না উয়দবা যাদদুনা উয়নবা তৌবদা, থিজ্বা কয়া থোকপসু মশানা থোক্তবা যাদবনি।

জাতিগী অকনবা থবক পায়খৎলিবা ডিপার্টমেন্টশিংদা য়াওবিবা মথবাই য়াওববা অমদি জ্ঞান লৈববা মীশিংগা থেংনবা মরী লৈনবসিদা (ঐহাক) ঐঙোন্দা নুংঙাইবা পোকই; মখোয়গা তিন্নবসিনা, ঐঙোন্দসু য়াম্না জ্ঞান ওই। সব কমিতি খুদিংদগী মবক্কী ওইবা বিপোর্ট লৌবগা, প্লানিং কমিটিনা বিপোর্ট অদু খন্নবগা, মদুগী অযাবা অমদি যানিংদবগা মবম অদু শুগায়না ইন্দুনা সব কমিটিশিংদা অমুক শাদবনা প্লানিং কমিটিনা থবক চথবগী নিয়মনি। অবোইবা বিপোর্ট অদু সব-কমিটিনা অমুক শাগৎলক্কবা মতমদা বিষয় অদুগী অবোইবা ৱাবেপ প্লান্নিং কমিটিনা লৌই। অতৈ বিষয় কয়াগী মবীদা, তাবা ৱাবেপকা লোয়ননা বিষয় খুদিংগী ৱাবেপশিং অদু থবক ওইনা পাংথোক্কবা অতৎ-অশম লৈতনা পীথোকনবা মতমদা, প্রোব্লেমশিং অদু পাক শন্না অমাদ চম্নম্নবা শরুক যাওনা অমুক হন্নসু খন্নে; অসুম্না প্লানিং কমিটিনা মমৎ তাববা বিপোর্ট অদুদা সব-কমিটিগী বিপোর্টশিং অদু তোঙান্না মমৈদা (মমৈথংবা শকক্তা) হাপচিল্লগা শেমই। অসুম্না সব কমিটিশিংগী বিপোর্টশিং অদু খন্ন-খন্নয়না, অবোযবা বিপোর্ট তপ্পা তপ্পা মওং অমা তানা, প্লানিং কমিটিনা শেমগৎপসি থবক পায়খৎপগী অচুম্বা মওংনি।

সব কমিটিশিংগীদমক্তা শেম্বা মতমবু মখোয়না ঙাক্লা চত্তবনা, মকওইবা মবম ওইদুনা, য়াম্না শাওতনবা পোকপমখৈ থেংথবা যাওই; অদুম্নদি ওইবগা, ঐখোয়না থবক্তা য়াম্না খুমাং চাওশিল্লমই লোয়ননা মশীং লাকঙমদনা থবক পাংথোকলমই। মহৈ-মশিন তম্বগা মরী লৈননা, য়াম্না নুংঙাইবা ৱাবেপ অনি তাবমই। মহৈ মশিন তম্বগী থাক খুদিংদা,

নিপামচা, নিপীমচাশিংগী হকচাং যহন্নবা (ফল থমনবা) নিয়ম পথাপ কয়া থাঙ্গৎলমই। লৌউ-শিংউবা, কল-কারখানা, মীয়ামগী কান্নবা থবক, অমসুং মখল মথেন কয়াগী লৈবাক্কী শেমগৎ শাগৎপনচিংবা জাত্তিগী কান্নবা থবক তৌবদা চহি তবানিপান্দগী কুননিথোই ফাওবগী মরক্তা লৈবা, নিপা নিপীনা মখোয়গী পুন্সিগী মনুংদা চহি অমবোমদং কায়থোক্তুনা সমাজ মীয়ামগী নত্রগা শু-নোম্বগী থবক লৈথোকপা তৌদনা, তৌননবা নিয়ম অমসু ঐখোয়না থাঙ্গৎলমই। মশা শোয়নাইবা নত্রগা ৱাখল শোয়নাইবা নত্তনা কনা অমতনা নাম্থোকপা য়াহল্লমদে।

১৯৩৯, সেপ্তেম্বরদা, পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও হৌবকপদা, নেশনেল প্লান্নিং কমিটিনা কমিটিগী থবক পুম্না লেপ্পবা হায়নবকখি। নবেম্বরদা, প্রোভিন্সশিংদা লৈবম্বা কংগ্রেস গভর্নমেন্ট মখৈ উথায়খি। মদুনা ঐখোয়বু য়াম্না ৱাহনখি, প্রোভিন্সশিংগী গভর্নরশিংদগী ওইবা, শাসন মখাদা, ঐখোয়না ঐখোয়গী থবক তৌবদা, করিমতা খোইজংলমদে। লানগী দবকাব ওইবা পোৎ পীখিবগী শেন খোমজিনবদা কাববাব তৌবশি থোইনা হেন্না থবক চিল্লমই, অদুনা প্লানিংগী থবক তৌবদা নানজংনবমই। নোংম-নোংমগী ফীভম তত্তুনা হোংলকখি। অদুম ওইনমক লেপ্পুনা অদুম চথনবা ঐখোয়না খন্নবমই অদুগা লান তৌবকপা অদুমক্তা থবক চথবদু দবকাব ওইহল্লি হায়না নিংনবমই। হান্নদগী হেন্না পাকথোক চাওথোক্লা কল-কাবখানাগী থবক পায়খৎহনবা তাবমই; ঐখোয়না তৌখিবা থবক অমদি হৌজিকমক তৌবিবা অদুনা চথবিবা অদুদা য়াম্না মতেং ওইবমই। ইঞ্জিনিয়াবগী কলকাবখানা, চৎথোক-চৎশিন, হিদাক লাংথক্কী কলকাবখানা, ফীবোল-পোৎচৈ শাবগী কলকাবখানানচিংবা লান্দা কান্নগদবা চংদ্রবা যাদ্রবা মকওইবা মখৈগী মবমদা, সব কমিটিশিংনা থাগৎলকপা বিপোর্টশিং, ঐখোয়না নৈনবমই। ঐখোয়না তৌবিবা থবক্তা সবকাবনা নুংঙাইবা থৌগৎপা উৎলমদে, তশেংনমক ৱাখল নাঞ্জংননা য়েংলমই। লান হৌবকপা থা খবদি, হাযবদি তশেংবা লান তৌনি তৌবোই খংদ্রিঙেদা, ভাবত্তা লৈবিবা কলকাবখানাশিংবু থৌগত্তবা তৌহন্নিংদবা অদুমক, মখোয়গী অপাম্বনি (পোলিসিনি)। অদুবু মমৈথংদা দবকাব ওইবনা কনশিল্লক্তুনা, মখোয়না দবকাব ওইবা ভাবত্তা ফংবা মখৈ, লৈতবা য়াদদুনা মখোযনা লৈবমই, অদুফাওবদা ভাবত্তা য়াম্না চাওবা কল কাবখানা লিংবা, মখোয়না যানিংলমদে। য়ানিংদবা হায়বসি তশেংনা থিংলম্মনি মবমদি সবকাবগী অয়াবা যাওদনা মপান লৈবাক্তগী কল মেচিন অমতা লৈবা য়াবমদে।

প্লানিং কমিটিনা লেপ্লা লৈতনা থবক তৌবমই; সব-কমিটিশিংনা থাগৎলকপা বিপোর্টশিং, খন্ন-নৈনবা লোয়শিল্লমই। খন্ন-নৈনবগী লোয়হৌদবা মচিৎ-মখাক অদু ঐখোয়না অহানবদা লোয়শিনবা তাবমই অদুগা পাক চাওববা প্লানিংগী থবকশিং পায়খৎপা তাবমই। ১৯৪০ গী ওক্টোবব থাদা, ঐহাকপু ফাবমই অদুগা মতম শাংনা জেলদা থনমই। প্লানিং কমিটি অমদি সব কমিটিগী অতৈ মেম্ববশিংবুসু ফাবগা জেলদা মিযাৎ তানা ফাজিল্লমই। প্লানিং কমিটিনা লেপ্লা লৈতনা থবক পায়হন্নিংলমই অমদি মদুগীদমক ঐহাক নুংনাংলমই; লৈহৌবিবা অতৈ মেম্ববশিংনা লেপ্পুনা থবক তৌনবা ঐহাক্লা হায়জবমই। ঐহাক যাওদ্রবদুদা, মখোয়সু থবক তৌনিংলমদে। প্লানিং কমিটিগী চে-চাং অমসুং বিপোর্ট শেমনবা হোৎনবমই। মদুসু, ভাবত সবকাবনা খুৎ থিংজিনখি। অসিগুম্বা চে-চাং অমতা, ঐহাক য়ৌহল্লক্রে লোয়ননা মসিগী মতাংদা ঐহাক্লা উন্নবা ফাওবা থিংজিনখি।

অসুম্না ঐহাক্লা জেলদা লৈবিঙেদা নেশনেল প্লানিং কমিটি শিথবকখি। লানগীদমক্তা শীজিন্নবদা কান্নগদবা, মপুং মবৈ ফাদ্রবসু, ঐখোয়না তৌবম্না শাবম্না পুম্না ঐখোয়গী ওফিসকী খুনু মকোনমুক চাওবা কাশিংদা নমশিন্দুনা লৈবমই। ১৯৪১ ডিসেম্ববদদি ঐহাকপু জেলদগী থাদোকলমই। মতম অদু ঐঙোন্দা অমদি অতৈ মেম্ববশিংদা য়াম্না লাংতক্লবা, তৌফম খংদবা ওইবমই। অনৌবা থৌশিনগী অনৌবা শক্তম অমা লাকলমই; প্রসান্ত মহাসাগবদা অকনবা লান শোক্লবমই, লান্দাবকপনা ভাবতপু কীহল্লমই; ঐখোয়না তৌবম্না থবক অদু, অমুক পায়খৎপদা মতমগা চানবমদে; শাসনগী অতাবা মওং অমা লাকত্রিবা ফাওবা প্লানিং কমিটিগী থবক লেমখাক অদুফাওবা পায়খৎপা (য়াবমদে) ওইথোকলমদে। অমুক হন্না ঐহাক জেলদা চংলমই (ঐবু ফাজিন্দুনা জেলদা থমখি)।

# নিপানগুবা পন্দুপ

## তরেৎশুবা তাংকক

# কঙ্গ্রেস অমসুং ইণ্ডষ্ট্রি
# অচৌবা ইণ্ডষ্ট্রিগা য়ুমথোংগী ওইবা
# ইণ্ডষ্ট্রিগা য়ৈখায়নবা

গান্ধিজীগী লুচিং মখাদা, খুঙ্গংগী খুৎশা-হৈবগী থবক, মকওইনা তবেং লং নাইবা, খুৎনা ফী শাবা অমুক হন্না হিংহন্নবা, থবক লৌখৎপদা কঙ্গ্রেসনা মতম শাংনা মকোক ওইনা হোৎনবর্কলি। অচৌবা কলকাবখানা চাওখৎনবা হোৎনবকপদা কবিগুম্বা কঙ্গ্রেসনা থিংবা লৈতে; তাঞ্জা হেক ফংবগা, আইন শেম্বগী মতাংদা, অমদি অতৈ মতাং কয়াদা, অচৌবা কলকাবখানা চাওখৎলকপবু যৌগৎলি। কঙ্গ্রেসকী ওইবা প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্টশিংসু থবক অসিমক থন্নাই যাওনা হোৎনবি। কুনশুবা খৃষ্টাব্দদা টাটা ষ্টীল এণ্ড আইবন ব্রার্ক্সনা খুদোং চাদবা মতাং য়ৌবকলবদা, অদুগুম্বা অন্নাবা মতম লাম্থোক্লবা মতেং পীখ্রিবা লোয়ননা সবকাবগী মতেং ফংখ্রিবসি, মকওইনা কঙ্গ্রেস পার্টিনা কেন্দ্র সবকাবগী লেজিসলেচবদা কন্না তকশিনবদগীনি। ভাবতকী ঈশিং জহাজ অমদি জহাজ চলায়বগী চাওখৎ থৌবমগী মতাংদা, প্রজা মীযাম অমদি সবকাব অনিগী মবক্তা য়াম্না নুংঙাইতবা যানদবা অমা লৈবমই। ভাবত্তা লৈবিবা কাংলুপ পুম্নমক্কী ওইবা মীযামগী মতকা অমতা ওইনা, কঙ্গ্রেসনা ভাবতকী ওইবা ঈশিং জহাজগী থবক্তা পীবা য়াবা মতেং পীনিংবনা লাংতক্লবা পোকলমই; মদুগুম্না মপাঙ্গল শক্তি লৈববা বৃটিশকী জহাজ কম্পেনিদা, পীফম থোকপমখৈ ঙাক্লবা সবকাবনা (ভাবত সবকাবনা) লাংতকনবমই। শেম্বুম মবাং কায়না লৈববা, খুৎশা হৈবগী লমদসু অন্নাৎপা লৈত্রবা, থবক অদু পাংথোকপা ঙম্বগী খুজিন থৌবাংদসু থোয়না তাদ্রবা, অদু ফাওবদা অফিসকী ওইবা মবান কয়া শিদুনা ভাবতকী জহাজগী চাওখৎ থৌবাংদা অপনবা পীবমই। অসুম তৌদুনা বৃটিশকী খুৎ শা হৈবা, লল্লোন ইতিক, নত্রগা শেম্বুমগী কান্নবা-ওইজবদু খজিক্তংবু শোকপা তাববদি তৌফম থোকপা থবক খুদিংমক হেক্তা মবান শিদুনা থিংনবা তৌবমই।

ভাবতকী ওইবা ইণ্ডষ্ট্রিবুদি নোক্রেম হাইগ্রেমনবগা, থৌওইনা তৌবীদ্রগা, ইম্পেবিয়েল কেমিকেল ইণ্ডষ্ট্রিবুদি; ঙহাক লৈতনা কন্না শেমগৎলমই; অসুন্না চাওচৎনা তিন্নদুনা লাকইবনি। পঞ্জাপতা লৈবা খনিদগী থোকপা পোৎথোক কয়ামকম, অশাংবা মতমগী লিজ ইনদুনা চহি কয়াগী মমাংদা (লোয়শিনখি) মাংহনখি। প্রজা মীয়ামগী কান্ননবা তৌগে নিংদবনা য়ান-চে (এগ্রিমেন্ট) অদুদা ই-বিবা মবোন অদু, ঐনা খংবফাওবদদি, কবিমতা ফোংদোকখিদে।

পন্নাব আলকোহল ইণ্ডষ্ট্রি চাওখৎহন্নবা কঙ্গ্রেস প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্টনা লাংতকনখি। খন্নবা যাবা মবম কয়ামকম লৈবদগী মদু পামলুবনি; অদুগা ইউনাইটেড প্রোভিন্স অমসুং বিহাবদনা হেন্না মবম চাবা কয়ামকম লৈবমই। মফম অদুদা চিনি শুংবা ফেক্টবি কয়ামকমনা মসি তানবদা চিনি অঙাংবগী শকক, য়াম্না কান্নদ্রবা মথি মকুমনি হায়না হুন্দোকলমই। পন্নাব আলকোহল পুথোকপদা মদু (হুন্দোকইবা চিনি অঙাংবা শকক অদু) শীজিন্নবা খন্নবমই। শেল এণ্ড বর্ম্মা ওয়েলগী আশা খজিক কায়হনবা নত্তনা মদুদা অকায়বা কবিমতা লৈবমদে; অদুগা মদুগী নিয়মসু ইবায় লাযনা ইচম চম্বনি। ভাবত সবকাবনা মখোয়গী (শেল এণ্ড বর্ম্মা ওয়েলগী) ফনবতা য়েংখি লোযননা পন্নাব আলকোহল শানবা অয়াবা চে (পার্মিট) পীয়ু য়াখিদে। শোক্লবিবা লানগী অহুমশুবা চহি চংশিল্লক্লবদা, বর্ম্মা তুখ্রবদা থাও পেট্রোল পীবম্বদু

ককখিবমই; মঙোম অদুতদা পৱাব আলকহল কান্নবদু মখোয়না খংখি লোয়ননা ভাবত্তা মদু শাবা তাখি। ১৯৪২ দা অমেবিকা গ্রেডি কমিটিনা মসি কন্না তকশিল্লন্নবনি।

অসুম্না মতম লৈবা খিবিক্তা, ভাবতকী খুৎশা-হৈবা কলকাবখানা লিংবসি, কন্গ্রেসনা পান্না হোৎনজবন্বনি; মতম অদুমক্তদা ইবোইননা যুমথোংগী ওইবা খুৎশা হৈবসু চাওখৎহন্নবা কন্না হোৎনবন্বনি; মদুগীদমক্তা অকনবা থবক পায়খৎলন্নবনি। খোংজং অনিসিগী মবক্তা লখৎনবমদব্রা ? কন্না তকশিল্লকপদা খেৎনবা মান্নদবা, অমদি অদুম মবৈবগুম তৌই; মদু অতে অমা নত্তে; মহৌশা ভাবত্তা সবকাবনা থৌ শাবীবমদ্রবা, মীওইবগী তৎন থানবা য়াদ্রবা অমদি শেম্ছুমগী ওইবা হীবম থৌবম অদু, কায়নথংদা খংলকপনি। মদুবু শৌগৎলম্বা, ভাবত্তা লৈবা, ইণ্ডষ্ট্রিগী মীওই অমদি বাজনিতি তৌবা মীওইশিংনা; তবামাপাল শুবা খৃষ্টাপ্দদা, ইউবোপতা লৈবা শেঞ্জাও পায়বা মীওইনা, চলায়বম্বা ইণ্ডষ্ট্রিগী মওং মতৌ অদুতবু খল্লমই; কুনশুবা খৃষ্টাব্দনা চংলকপদা শোয়দনা ওইবক্কদবা, মদুগী ফত্তবা ফলাফল অদুবুদি থৌশাবীবমদে। মশানা লাকচগদবা চাওখৎলমবু চহি ১০০ চুপ্পা, ভাবত্তা অথিংবা লৈবকপনা, মখোয়না অবস্তা মতুংইন্না ভাবত্তা লিংখৎলকপা ময়াই ওইনা চাওবা মখলগী ইণ্ডষ্ট্রিশিংনা ভাবতকী মীয়াম্ব থবক পীবা ঙমলমদে অহোইননা থবক ফংদবগী অৱাবদুম, থোইনা-হেন্না হেনগৎহল্লমই। নাকন অমদা শেল-কন্না খোমজিনখিবনা, অতোপ্পা নাকল অমদা থবক ফংদবা, লাইববগী চাং হেনগৎলমই। তোপ তোপ্পা নিয়ম অমগী মখাদা, থবক পীবা য়াবা, অচৌবা ইণ্ডষ্ট্রি লিংবগী ইথিন অদু মদু চাওখৎনবা প্লান হেক তৌবকপদা খল্লমইবদু অবেম্বদা হেক তৌবমই।

মীযামগী ওইনা হেনগৎলকপা লৈত-লাইববনা গান্ধিদা অকনবা শক্তিগী ওইবা ইথিন্না ইনশিল্লকখি। সাধাবন ওইনা, মীওইবগী হিংনবা য়েংলকপা মিৎয়েংগা হৌজিক্কী ওইবা মতমগা চান্ননা য়েংফম থোকপা মিৎয়েংগা, অনিগী হৌবকফম যুম্ফমগী খেৎনবা লৈ হায়বসি, ঐনা নিংজবদদি, অচুম্বনি। ধৰ্ম্মগী অমদি লমচৎ শাজৎকী য়েংদনা, কেবা মৌবা হেনগৎলকপা অমদি যুম্বাল কৈবানগী ফীবম অমদি লমচৎ শাজৎকী য়েংদনা, কেবা-মৌবা হেনগৎলকপা অমদি যুম্বান কৈবানগী ফীবম ফগৎলকপা, অদুদা মহাক্লা নুংঙাইজবমই। ভাব তাদনা পুন্সি লেনবদি মহাক্লা য়ানিংলমদে, মঙোম্দদি চুমচৎনা অৱাবা লম্বী ওইবমই, লোয়ননা কেবা-মৌবনা পুকচেল শেংহন্দে ধৰ্ম্ম য়াওহন্দে। পুন্নমক্কী মথক্তা, মথৱাই শোক্লা নুংঙাইখিদে। মহাক মশামক্কী অমদি ৱাখলগী পেঞ্জনবগীদমক পাক চাওববা খেৎনবসি, মহাক্লা লাম্ছোকখি, লাইরবা অমগী তৌবঙম্বা শক্তি মখাদা, যুম্বান-কৈবান ফগৎহন্নবা, শেৎন-চানবা অৱাৎপা লৈহন্দনা, হেন্না ফগৎহন্নবা, মহাক লাইরবশিংগী মাইকৈদা চংশিনখি। ধৰ্ম্মগী অমদি লমচৎ শাজৎকী য়েংদনা, কেবা-মৌবা হেনগৎলকপা অমদি যুম্বান কৈবানগী ফীবম ফগৎলকপা, অদুদা মহাক্লা নুংঙাইজবমই। ভাব তাদনা পুন্সি লেনবদি মহাক্লা য়ানিংলমদে; মঙোম্দদি চুমচৎতা অৱাবা লম্বী ওইবমই, লোয়ননা কেবা-মৌবনা পুকচেল শেংহন্দে, ধৰ্ম্ম য়াওহন্দে। পুন্নমক্কী মথক্তা, লাইববা অমসুং ইনাকখুনবা, অদুগা মখোয়গী খেৎনবা যুম্বান-কৈবান, লোয়ননা নুংঙাইখৎলকপা চাওখৎলকপগী খেৎনবনা, মপান নাইদবমখৈ পাক চাওমনখিবসিদা মহাক্লা মথৱাই শোক্লা নুংঙাইখিদে। মহাকা মশামক্কী অমদি ৱাখলগী পেঞ্জনবগীদমক পাকচাওববা খেৎনবসি, মহাক্লা লাম্ছোকখি, লাইববা অমগী তৌবগুম্না শক্তি মখাদা, যুম্বান-কৈবান পঘৎহন্নবা, শেনৎ-চানবা আৱাৎপা লৈহন্দনা, হেন্না ফগৎহন্নবা, মহাক্লা লাইববশিংগী মাইকৈদা চংশিনখি। ইনাক খুনবা মীওই খব অমদি লাইববগী চৈথেং ফংলবা মীয়াম অনিগী মবক্তা লৈবিবা পাক চাওববা খেৎনবসি অসিগী মাগী ৱাখল তুংইন্না মকওইবা মবম অনি লৈ ঃ— মীবৈবাক মচানা শাসন তৌববা (লৈবাক ঙাকলবা) মদুগী মতুংইন্না নৈহৎপা; অচৌ অচৌবা মেচিন কয়া শীজিন্নদুনা নোংচুপ হাবমগী ওইবা শেঞ্জাও পায়বগী, অচৌবা কলকাবখানা লিংখৎপা অনিগী মায়োক্তা মহাক্লা থবক পাইখৎলমই। পোথোক-চৈথোক, পীথোক-পীশিন, অমদি চাথোক-চাশিন্দা, কন্নাগী খুৎ চংদনা, চাং মান্নবা; বাজনিতি অমসুং অর্থনিতিনা, ঙসি তৌবিবা অসুম্না, মফম অমদা পুনশিন্দুনা লৈবগী মহুত্তা, পাক-শন্না লৈবম্বা; ইচম-চম্বা মীয়ামগী, চপ মান্নবা খুদোংচাবা ফংনা (ডেমোক্রেসি) লৈবম্বা; লাইববা অমসুং ইনাকখুনবা অনিগী মবক্তা হৌজিক লৈবিবা খেৎনবা অসিনা কবিমতা লৈবমদবা; অচৌবা সহবগী ফত্তবা মখৈ লৈবমদবা; থৱাই হিংহল্লিবা

লৈবাক লমগা তৎন-থানদনা, অহাংবা লমজাওগী অশেংবা নুংশিৎলক্তা য়াওন্ননা, মীওইবনা লৈরম্বা, অদুগুম্নবা, য়াম্বা য়ামদবা থিদনা, লৈজবা খরনা, পেন্দুনা লৈজবা, খুঞ্জা মীয়ামগী মনিংতম্না লৈজরম্বা, মতম অদুবু, য়াম্না পাম্না হঙ্গক্তুনা মহাক্না য়েংলমই।

হিংদুনা লৈবা পুন্সিগী মতাংদা, মহাক্না মী অতৈগগী মিৎয়েং ৱাখল, খেৎনরমই; খেৎনবা অসিনা, মাগী লোন্দা, মানা তৌরকপা থবক্তা, খেৎনবগী মমি তারমই। ময়েক শেংলবা, পুক্নিংদা থুক লাওহনবা, চুমলবা, মাগী ৱাহৈ ৱাতানা, মরুওইনা, ভারতকী ওইবা, ধর্ম্ম অমদি চহি কয়াদগী হৌনা পুথোরকলি। ফজবা লমচৎ শাজৎকী লৌনিংঙাই ওইবা ফীদমনফম ওইবা মতাং কয়া পুথোরকলি। ফজবা লমচৎ-শাজৎকী মহৈদি, তুং কোইনা লৈহৌই; অফবা থবক তৌবদা কান্নদবা ফত্তবা উপায়-মতেং লৌরোইদবনি; অসিপুম্বা তুংওইনরবদা মীপুম খুদিং অমদি জাত্তি অদু মুৎকদবনি।

হিংবা অমদি হিংনবগী লানফমদগী লাপথোক্না লৈপ্রবা, মশানা শেমজবা মশাগীত ওইবা, মালংগী তাইবংপানবদা তাওনা লৈবা, মংলানগী মী অমা নত্তে, মহাক। থবক কল্লবা লল্লোনবা কাংবুগী লৈফম ওইরবা, গুজরাটতগী মহাক লাকলমই; ভারত্তা লৈবা খুঙ্গংশিং, অমদি খুঙ্গংদা ওইবিবা য়ুম্বান কৈবানগী মতাংদা, খ্বাইগীগা মান্নদ্রবা ৱাখল অমদি ঙ্গান লৈরমই। অদুগুম্বা মশাগী ওইবা ঙ্গান্না খুঙ্গংগী ইণ্ডষ্ট্রি অমদি লং-নাই-তরেংগী হীরমদা মানা মাগী প্রোগ্রাম শেমলমই। থবক ফংদবা অমদি ফংবোই ফংদবোই তৌবা, মীয়ামগী অৱাবা খুদক্তা কোকহনবা তারবা, ভারত শিনবা থুংনা শন্দোকগ্রবা, নমথিরবা ফত্রবা থৌশিন্না, মীয়াম্ব পংথহল্লিবসি ফীবম ফগৎহনবা তারবা, উপায় লৈত্রদুনা মীপান তাংলগা অৱাবা কোক্কদ্র হায়না পল্লেপফম খংদবা কঙাওননা লেপতুনা লৈবগী মহুত্তা, মশানা মশাবু থাজবগা লোয়ননা মথৌ তৌনবা তম্বীবা তারবা, শেল য়াওদনা মসিপুম্বা তৌনবা পাম্বে অমতা লৈতে। মীরৈবাক মচাগী সাসন মখাদা মখোয়না তাৎ-নোয়হৎপদগী মীরোন কয়া মথং মথং নংলকলবা, অৱাবা কোঙ্গায়না নমহত্তুনা, ইৱাত্ত ৱাত্তুনা লৈরক্লবা, নিংতম্বা ফংনবা রিফোর্মগী অচৌবা কয়াৎ কয়া পুথোকপা তাববদা, শেন লৈতবনা থবক শুবা কাংবুগী থবক পীফম লৈতরবা, অমদি কারিমতা পুথোকপা ঙমদ্রবা অচৌবা কলকারখানাগী থবক্তা হৈশিংলবশিং কাংখথাং ওইনা শীজিন্নদনা মাংলকনবা, থবক-শু নোম্ববু করম্বা মওংদা শীজিন্নবা তাবা পুম্নমক অসিনা ভারতকী প্রোব্লেম ওইরমই। থবক্তা হৈশিংলগা, অচৌবা কল (মেছিন) গী শক্তিগা, অনি অসি অন্দ্রানি মান্নে হায়না, করিসু খংদনা চাংদম্নবি; অশেংবমক, মী লিশিং নত্রগা লিশিং তরানা তৌগদবা থবক অচৌবা অদু মেছিন্না তৌবা ঙমই। মী লিশিং কয়ানা থবক ফংদদুনা হকাম চন্দুনা লৈবা তারবদি, চবা হেনবা মশানা তাবনি; সমাজগী ফীবমদা অহোংবা লাক্তুনা মমৈথংদা কান্নবা পুবকপা নত্তনা অচৌবা মেচিন শীজিন্নবনা মীয়ামদা করিমতা তোংজরোই। অচৌবা মেচিন লৈত্রবদি অসুম্না চাংদম্নবসি তৌরমলোই; মীপুম খুদিংগী কান্ননবা, জাত্তি অমগী ওইনা খন্নবদা, থবক্তা হৈ-শিংলবা মী শীজিন্নদুনা পোখোক মরাং কায়না থোকহনগনি। থবক ফংহন্দবগী সমস্যা নৌনা থোকহন্দ্রবা, লোয়ননা মেচিন শীজিন্নবনা অহানবগী ওইনা মীয়ামদা থবক পীবা ঙমলবা, অদু ওইরবদি পোখোক য়াম্নবা মেচিন লিংখৎপগা মসিগা অনিগী মরক্তা য়েৎনবা লৈরমরোই; লৈরম্নবসু কান্নদবদা খৎনবা ওইগনি।

ইউঃ এসঃ এঃ অমদি ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ গুম্বা লন্না মী তাবা, অচৌবা লৈবাকশিং নত্রগা কল কারখানা চাওনা চলাইবা অপীকপা লৈবাক্তা ভারতকা চাংদম্নবদি লান্না লমজিংবা ওইগনি। নোংচুপ-ইউরোপতা, কল-কারখানা লিংখৎলকপা, চহি ১০০ রোম শুরকলে; মফমদুগী মী শিংনা, কল কারখানাগী থবক তৌবা মথং মথং ওইনা য়াওশিনখি; মীশিংসু থুনা হেনগৎলকখি; লোয়ননা মখোং চেৎশিনখি; অদুবু হৌজিক্তি শিথরকলে। ইউঃ এসঃ এঃ অমসুং ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ গী মফম অয়াম্বদা, মী পানা খর খরতমক তাবা, কায়নথংদা হেনগৎক্কলবসু, লমহাং য়াম্না লৈরমই। লৌ-শিং উন্নবগীদমক লৈবাক খোয়দোক্লবা ট্রেক্টর অমা তঙাইফদনা দরকার ওই। মী পুম্নমক্না তাদুনা হিংনবগীদমক লৈপাক শুবা তাবনা, মী কুংনা তাবা গঙ্গা তুবেনগী লৈতেম মান্নবা লমদা, মথক্তা হায়রিবা অসিগুম্বা ট্রেক্টর দবকার ওইগনি হায়বা উদে। অমেরিকাদা থোকপগুম্না, অতৈ প্রোব্লেম কয়া থোকই। ভারত্তা চহি লিশিং কয়া লৌউদুনা

লাকলবনি লোয়ননা খোয়বা য়াবমখৈ, লৈপাক খোয়রকলবনি। ট্রেক্টরশিংনা লুনা কোয়দুনা লৈবাক নৈখায়বনা, লৈপাক অমসুং লৈপাক্তগী কারকপা লৈহাও মাংহন্দব্রা ? ভারত্তা রেল লম্বী শেম্বা মতমদা, রেল গাড়ী চৎনবগীদমক ব্রাংনা ব্রাংনা লৈপাক থোনগৎলমই অদুম্মদি ওইরগা লৈপাক অসিগী মশানা লৈজরম্বা ঈশিং খোং ইরমগী মতাংদদি করিমত্তা খন্নরমদে। ব্রাংনা ব্রাংনা লৈপাক থোনগত্তুনা রেললম্বী শেম্বনা ঈশিং চেন্নবা ঈরমদা অকায়বা থোকহল্লি; মদুনা মরম ওইদুনা, ঙহাক লৈতনা ঈশিং ইচাও থোকই, লৈপাক চাশিল্লি ঈশিং তুংহল্লি লোয়ননা মেলেরিয়া শন্দোকহল্লি।

ট্রেক্টর অমসুং অচৌবা মেচিনগীদি ঐহাক্লা হায়রিবসিনি, লৈপাক্তদা কন্না তাইনদনবা, লায়রবগা লম্বা তৌনবা, য়ুম্বান কৈবান ফগৎহন্নবা, ঙাকথোক্লবা লোয়ননা তোঙান তোঙানবা হীরম কয়া পাংথোক্লবা ভারত্তা য়াম্না থুনা কল কারখানা লিংখৎপা দরকার ওই। কল কারখানাগী কান্নবা, ঐখোয়না মপুং ফানা ফংগে, হায়বদি লোয়ননা মদুদগী থোরকপা খুদোংথীবা মখৈ ঙাকথোক্লে, হায়রবদি য়াম্না চেকশিন্না প্লান তৌবগা লোয়ননা মদু চলায়বা তাবনি হায়বসি ঐগী থাজজবনি। মহৌশাদগী হৌনা মশাগী লৈজরক্লবা চীনা অমদি ভারতকুম্বা চাওখৎপা থিম্নরবা লৈবাকশিংগীদমক্তদি প্লানিং অসি হৌজিক দরকার ওইরবনি।

চীনাদা তৌরিবা ইণ্ডষ্ট্রিয়েল কো-ওপরেটিভ অমসুং ইণ্ডসকোগী ইহৌনা ঐহাকপু ফজনা থীনা পুক্লিং হুহল্লি; ঐনা নিংবদি, অসিগুম্বা ইহৌ অসি, মরুওইনা ভারত্তা য়াম্না চানগনি। মদু ভারতকী ওইরিবা ফীবমগা চা-নগনি , অপীকপা কলকারখানাদা ডিমোক্রেটিক্কী য়ুম্ফম শেমগনি লোয়ননা কো-ওপরেটিভকী হৈনহনবদু হেনগৎহনগনি। মদুনা অচৌবা কলকারখানা লিংখৎপদা মতেং পাংগনি। মসিমসু ঐখোয়না নিংশিংবা য়াই, ভারত্তা অচৌ অচৌবা কল-কারখানা চাওখৎলকপদা, অপীকপা অমদি য়ুমথোংগী ওইবা ইণ্ডষ্ট্রিগীসু পাক চাওনা মফম হাংনা লৈগনি। সোভিয়েৎ রুশিয়াদা ইণ্ডষ্ট্রিনা চাওখৎলকপদা, লনাইগী ওইবা অমদি কো-ওপরেটিভকী ওইবা মীওইশিংনা অচৌবা থৌদাং য়ারমই।

ইলেক্ট্রিক পব্বার শীজিন্নবা হেনগৎপনা, অপীকপা ইণ্ডষ্ট্রি চাওখৎলকপদা তেংবাংই; শেম্বা থুম্বাদা চাওনা হৌবা ইণ্ডষ্ট্রিফাওবগা লম্বা তৌবা ঙমহল্লি। অচৌবা পব্বার পীশিনহন্নিংদুনা, অপাম্বা মত কয়া পীনরকপা য়াওই; হেনরী ফোর্ড ফাওবা মতাং অসি শৌগৎলি। কল কারখানা য়াম্না লৈরবা অচৌবা সহরদা, হিংদুনা লৈবদা, থানবা য়াদ্রবা, লৈপাক্লা মরী লৈনদবনা সাইকোলোজি অমসুং বাইওলোজিগী খুদোংথীবা কয়া থোকহল্লি, হায়না সাইন্টিসশিংনা থিন্দুনা উৎলি। করিগুম্বদা কনা কনাগুম্বনা হায়নরকলি মীওইবনা হিংনবগীদমক হঞ্জিন্দুনা লৈপাক শুবা অমদি খুঙ্গংদা লৈবা তাবনি। লাইবক ফবদি, সাইন্সনা ঙসি মীশিং (মী মশিং) পাক্লা শন্না শন্দোকহল্লে, লৈবাক শুবগী থবক কয়া তৌহল্লে, মতমগী চাওখৎপা অমসুং নুংঙাইবা পুম্বা ফংহল্লে।

মদু ওইবদি য়াই, অদুবু চহি কুনলোম অসিগী মনুংদা ভারত্তা লৈবা ফীবম অসিদা, মীরৈবাক মচাগী আইন মখাদা, মখোয়গী কান্নবতা থীদুনা চৎহল্লিবা নিয়ম মখাদা, মতৌ করম্না মীয়ামগী ওইবা লাইর-অনংবু, ঐখোয়না কোকহনবা ঙমগদৌরিবনো লোয়ননা মীরৈবাক মচাশিংদা, মশানা মশাবু থাজহনবগী ব্রাখল পোকহনগদগে হায়বা অসিনি। য়ুমগী ওইবা ইণ্ডষ্ট্রিবু মতম নাইদনা হেক্ত চাওখৎহন্নবগী মতাংদা, য়েৎন-নৈনবা কয়া লৈখি; অদুবু ঐখোয়না লৈরিবা মতাং অসিদদি ঐখোয়না ঙমইবমখৈ থবক শুবা তাবনি। অদুনা নিয়ম ওইনতা পুথোকপনদি, স্বাইদগী ফবা নত্রগা স্বাইদগী খুৎলোয়বা ওইরোই। প্রোব্লেম অসি পাক চাওপ্রে, লুপ্রে লোয়ননা ওম্থোক্লা নৈনপ্রে; মসিগী মথক্তা সরকারনা হেক হেক নমথরকপবু তত্তনা মাইরোং য়াবা তাবনি। চুমথোকপা অমদি চাংয়েং তৌনা-তৌনা ঐখোয়না খর খরদং খংজিনবা তাই। ঐহাক্লা খনবদি, হেক হৌবদগী কো-ওপরেটিভপু ঐখোয়না শৌগৎপা তাই; খুঙ্গং অমদি য়ুমদা শীজিন্নবদা খুৎলোয়বা মেচিনগী থবক চাওখৎনবা থবক্তা হৈশিংলবা অমদি বিজ্ঞানগী জ্ঞান লৈরবা মীওইবু থাজবা তাবনি। অসুম্না শিল্লাংবা অসিগীদমক কো-ওপরেটিভকী নিয়ম পথাপ হৌজিক শেমলে।

জিঃ ডিঃ ঐচঃ কোলে, ইকোনোমিক্সনা হায়, "য়ুমদা খুৎনা সাবা ফীগী ইণ্ডষ্ট্রি চাওখৎনবা গাঞ্চিনা কাংবু নাইনা চত্তুনা হোৎনবিসি থায়নগী ওইববু অমুক পুবক্লবা, ফজবা পামদুনা কে-মৌবদা মথব্রাই তাদুনা তৌবা নত্তে, খুঙ্গংগী য়ুম্বান, কৈবান ফগৎহন্নবা লৈত লাইববু কোকহন্না, থবক্কী লমদা হোৎনবকপনি।" হায়বিবা অসিমক চিংনবা লৈতনা চুন্নবনি; অদুগা মসিদসু নত্তে। লাইববা খুঞ্জাবুসু মী অমনি হায়না ভাবতপু (ভাবত্তা লৈবা মীয়ামবু অমদি সবকালবু) নমদুনা খংহল্লি, মসিমসু খংগদবনি, লংলবা ফজববা সত্তব কযাগী মকমদা অব্রা অনা, লৈত-লাইবগী, ব্রানা থাংলবা লবুক-লমহাং কয়াসু পাক্লা শন্না লৈপ্রি; মসিগী য়ুম্ফম ওইববা অচুম্বা শক্তম খংগে হায়বর্বাদ, লম্ছুম শেন লৈহন্দুনা, কোটিপতি ওইহনবনা, খং-হৈববা উকিল-ফাকিল সেমগৎপনা, অমদি অসিগুম্বা কয'মা লৈহনবা ওইহনবনা, ভাবতকী চাওখৎপা নিংতম্বগী অচুম্বা শক্তম ওইবোই; নত্রগা কাওন্সিল অমসুং এসেম্বল কযা লিংশৎপনসু ওইবোই, লৌমীগী য়ুম্বান কৈবান পুন্সিগী অহোংবা অমা পুবকপদনা ওইহনগদৌবনি। বৃটিশনা ভাবত্তা মনৌবা কাংবু অমা শেমগৎলি, মখোয় অদু মখোযগীত ওইনা পৃথিবীসিদা লৈববা, মীযামদগী তোখায তাববা, য্যানংদবা লৈববসু লৈঙাক চৈ পার্যবিবা মীওইদা, থৌজানগীদমক চংবা ইংলিসকী এদুকেসন ফংলবা কাংবুনি। অসিগুম্লবা কাংবুগা লাইববা মীযামগা মানগী মবক্তা গান্ধিনা য়ানবা অমা পুবকলি, লৈবাকসিগী লৈত লায়লবগী চৈনা ফংলবা মীযামগীদমক আয়নগী মিৎয়েং অমসুং জ্ঞান মহাক্লা নমদুনা শীজিন্নহল্লি।

মোচিন শীজিন্নবগী মতাংদা গান্ধিজীগী রাখল খজিক খজিক হোংলকপগুম তৌই। মহাক্লা হায, "মোচিনগীদমক ডহাক্কী ওইনা লাংতক্লবা অদুনি, ঐহাক্লা যানিংদবদি, মো নবু নত্তে।" খুঙ্গংগা য়ুম য়ুমদা ইলেক্ট্রিক ফ তনবা, ঐ খায়না ডমলবদি খুপ্পাশিংনা ইলেক্ট্রিকী মপান্না, খুৎশু খুৎলাই শীজন্নবা, অমসুং নখোযনা তৌনিংবা থবক তৌজবদা ঐহাব কবিসু খন্দে। ইন্দিকমক ওইবিবা ফীবম অসিদা, মঙোন্দদি, অচৌবা মোচিন শীজিংনবনা মীযামগী মথ ডা পবাব শীজিংনবনি লোযনানা ইনাক খুনবা (শেঞ্চাও পাযবা) খবদগী শোযদনা ওইগনি। "মীওই শবতগী মখুত্তা তাদনা, ইনাক খুনবা মীযামদা থবক পীদদুনা, পবাব শীজিংনবা মোচিন শীজিন্নবদি ঐহাক্লা পাপনি, চুমদবনি হায়না খাল্লি।" ঐহাক্লা যানিংদবা নবম অসগী ওইনা মস মোনে শীজন্নাবি।" মখল কয়াগী অচৌবা ইণ্ডষ্ট্রি, মক ওইনা তৌদবা যাদ্রবা ইণ্ডষ্ট্রি, অমদি মীযামগী কাম্নবা তৌব ইণ্ডষ্ট্রি, পুন্নমক অসিনা সবকাবগা ওইববা অদুগা থানবা যাদ্রবা তৌদবা যাদ্রবানি হায়না, মহাক্লা শঙ্খবা য়ুম য়ুমগী ওইবা, মখল কয়াগী ইণ্ডষ্ট্রিদা যৈথাযবা পীদ্রবদি মখোযগী কাম্নবা অদু, মহাক্লসু যাই। মহাক্লা পুখৎলকপা বাফমগী মতংইন্না মহাক্লা হায, "শেনযম অচেৎপা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎপ্রবদি প্রোগ্রাম পুম্না লেপ্তোইথও শাবা দলানগুমগনি।"

য়ুম য়ুমগী ওইবা অমদি অপীকপা ইণ্ডষ্ট্রিবু মথরাই তানা পামজবা কাংবু ফাওবনা, অচৌবা ইণ্ডষ্ট্রিগা কান্নবা অমদি তৌদবা যাদবদু মুন্না খংই, তৌবতবু পনখৈ অম থমনিংই। অদুনা চুন্না অদুক হায়ববদা, তকাশনবা লোয়ননা পোথোক অমসুং শেম্ছুমগী মতাংদা হংবা য়াবা ব্রাহং অমা লাকলে। হৌজিক ওইবিবা পৃথিবীগী মও অসিদা, লৈবাক অদুদা অচৌবা ইণ্ডষ্ট্রি লৈত্রবা লোয়ননা লৈতবা যাদবা চাংদা মৈ (পরাব) পীবগী চাওখৎ থৌবাং লৈত্রবদি, লৈবাক অমগা অতোপ্পা লৈবাক অমগা মতেং পাংনদুনা লৈবা তাবা জাতি (নেপাল) অপুম্বগী ওইনা, লৌনবা চৎনবীগী মখাদা, কনাগুম্ব লৈবাক অমতনা, বাজনিতি অমসুং অর্থনীতিগী নিংতম্বা ফংবা গাদে হায়বা অসিমক মুকপা যাদ্রবা বাগমনি। হৌজিক মতমগী ওইবা টেক্নোলোজিগী মতেং নত্তনা, হিংদুনা লৈবগী ওইবা য়াবা মও (থাক) খুদি দা, লৈত লাইববু কোকহন্নবা অমদি অব্রাংবা থাক্কী য়ুম্বান ওইহন্নবা কবিমতা তৌবা ডমলোই। ইণ্ডষ্ট্রিগী লমদা চাং তাববা শোথহৌববা লৈবাকনা মহৈ মহৈ চপ মান্নবা চিংনদুনা লৈববা পৃথিবীবু খাজক খজিক ওইনা মথক মখা ওলহল্লক্কনি লোয়ননা হেন্না চাওখৎলবা লৈবাক্লা লান্দাবক্লবা (লান্দাহন্নিংবগী) মপাম্বা পোকহনগনি। লৈঙাক শাসনগী মতাংদা নিংতমলবসু, মদু মমিংত ওইনা থোক্কনি লোয়ননা শেম্ছুমদা শোথবনা, মীখুত্তা মবৈবাক লাম্ছোকপা ওইনা থোক্কনি। মশানা পামজবা য়ুম্বান লেপচবা য়াবা অপীকপা চাংগী শেন তান্নবা লম্বী ফাওবা শোযথবকপা শোযদ্রবনি। মবমসিনা য়ুম য়ুমগী ওইবা অমদি

অপীকপা চাংদা ইণ্ডষ্ট্রিদা মকওইনা, লৈবাক অমগী শেঙ্খুম তান্নবগী য়ুমফম ওইববদি হোৎনবি অদুমক মাইথিবা শোয়দ্রবনি। মদুনা লৈবাক অমা ওইনা চোংথোক্তুনা লৈবগী য়ুম্ফম ওইবা য়াবোই, নিংতম্না লৈবা লৈবাক ওইবা য়াবোই, অতোপ্পা লৈবাক অমগী মখা থানা কোলোনি ওইনা লৈবা নত্তনা পৃথিবীগী লৈনবিবা মবক্তা লেং-চনবা য়াবোই।

শেন তান্নবা তোঙানবা মখল অনি পুন্না লৈবাক অমদা লৈবা য়াত্রা - মখল অনি অদুদি অমনা অচৌবা মেচিন চল্লাইবা লোয়ননা অচৌবা কল কাবখানা অদুগা অমনা য়ুম য়ুমগী ওইবা ইণ্ডষ্ট্রি ? অমনা অমবু মুথৎকনি হায়বসি উনদবগুম তৌই; অচৌবা মেচিন্না মচাবু মুথৎতনবা কন্না থিংদ্রবদি, অচৌবনা ঙম্বা হায়বসি চিংননিংঙাই লৈত্রবা ৱাফমনি। মবম অসিনা পোথোক অমসুং শেম্বোক পুবক্কদবা অনি অসিগী ৱাফম অসি হংবা য়াদ্রবা ৱাফমনি। অমনা মথক থংনা মকোক ওইবা লৈবা তাবনা অতোপ্পা অমনা মদুগী শকক অমা ওইনা লৈহনবা তাবনি লোযননা শীজিন্নবা য়াবা মফম পীদুনা (খায়দুনা) শীজিন্নগদবনি। হৌজিক মতমগী হৈসিংলবশিংনা পাংথোকপা থবক্কী য়েংদুনা, থাদবা শেঙ্খুমনা শোযদনা হম্বনা য়েংথবকপা তাবনি (খ্বাইদগী হেনবা তাবনি)। পাক চাওনা ঙসি তৌনবিবা অসিগুম্না থবক্তা হৈ শিংলবা মীওইবা অচৌবা মেচিন পীনবা তাল্লবদি, শীজিন্নবা য়াবা পোথোক ফগদবা মেচিনা লৌবা তাবনি। তৌগদৌবিবা থবক অদুগী লাইওং মতুংইন্না ওইবা য়াবা মফম যাদা পোথোক অদু চাযনা যেম্বোকখিবা পামই। অদুগা, হীবম খুদিংদা, খ্বাইদগী নৌবা টেক্নিক (হৈ শিংবগী নিযম) চলায়হনগদবনি। মতম খবতগী, অমদি ঙতাক্কী খুৎ লেপ্তুনবা নত্তবা কুইখ্রবা, মতমগা চানদ্রবা পোথোক পুথোকপগী নিযমতবু চলায়ববদি হেনগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপবু নমথগনি।

পৃথিবী পুম্বনা মায়োক্লবকপা মতাংদা ঙম্মনবা শিল্লকাপ অচুম্বনা অচৌবা চাংগী ইণ্ডষ্ট্রি শৌগতুনা খন্নখ্রবদা অচৌবা চাংগী ইণ্ডষ্ট্রি অমসুং অপীকপা চাংগী ইণ্ডষ্ট্রি অনিগী লৈনবিবা অফ ফও মতাংদা মখৈ যেৎনবদি, হৌজিক অঙকপা ওইনা থোকলে, নাতৈ চাদ্রে। ভাবও ফাওবা, অচুম্বা অদুতনা মপুং ওইনা খন্নখ্রবনি, অদুনা তুংদা য়াম্না খুনা ভাবত অসি অচৌবা কলকাবখানাগী লৈবাক অমা ওইবর্গনি হায়বদা কনা অমতা চিংননিংঙাই লৈত্রবনি। মাইকৈ অদোমদা ভাবণ্ডি হান্ননা চুম্না খন্দুনা চথখ্রবনি। লগাম য়াওদ্রবা, প্লান তৌদ্রবা ইণ্ডষ্ট্রি লিংবদগী, ওইবকপা ফত্তবগী শকক, ঙসি নিংথিনা খংনবনি। হায়বিবা ফত্তবশিং আস, অচৌবা ইণ্ডষ্ট্রিগা থানদনা লোয়নবত্রা নত্রগা মসিগী মতাংদা সমাজ অমসুং শেঙ্খুমগী ওইবা ফীবমদগী থোবকপ্রা হাযবসি অতোপ্পা ৱাফমনি। খোকলকইবা ফত্তবশিং অদুগী মবম, অহানবা ওইনা, শেঙ্খুমগী ফীবমনা ওইববদি, শোযদনা ...... শিবগী মহুত্তা, হায়বিবা শেঙ্খুমগী ফীবমদা ঐখোযনা অহোংবা অমা পুবক্কদবনি।

সমাজগী কান্নগদবা তোঙান তোঙানবা মহৈ পুবক্কদবা অনৌবা, তোপ তোপ্পা থবক কয়াগী অফবা শকক ওইহনবা নত্তনা অযাম্বা মশীংত চুমশিনহনবা, তোঙান তোঙানবা অমগা অমগা তিন্নবা য়াদবা মচাক কযাগী ওইবা য়াবা চাং লেপ্পা অমসুং পোথোক্তগী ওইবা নিযমনা অসেংবা হংননিংঙাই ওইবা ৱাফম ওইদে। অফবা অহোংবা পুবক্কদবা মাইকৈদা শেঙ্খুম অমসুং বাজনিতিগী মিৎয়েং চিংশিনবা (য়াম্না দবকাব ওই ) তৌদবা য়াদ্রবনি; অদুগা লোয়ননা মান্ননা কান্নবদি, সমাজগী অমসুং সাইকোলোজিগী মিৎয়েংনি। হৌখ্রবা, শাংখ্রবা মতমগী ৱাখল-ইচেন্দা তাওদুনা লাক্লবা, ঐখোয় ভাবত্তদি অনৌবা ৱাখল অমসুং জ্ঞান-লৌশিং-ৱাখলগী অনৌবা পম্বেং য়ৌহনবা যাবা অনৌবা ৱাখল অমসুং নিতি নিয়ম য়াম্না দবকাবনি। মবম অসিনা ঐখোযগী য়ুম্বান কৈবানগী, হোংদবা চিৎশিন্না লৈববা মওং ঐখোয়না হোংদোক্কদবনি; তত্তনা হোংদুনা কান্নবা পুবক্লবা তৌগদবনি; ঐখোয়গী ৱাখলগী লিচিং কলহনগদবনি; থৌনা হেনগৎহনগদবনি। অনৌবা অহোংবদা ঐখোয়না পুক্লিং থিংজিন্দুনা লুপ্পা তাববদি, অমদি তত্তনা হোংলকইবা ফীবমগা ইবোইননা চৎপা তাববদি, অনৌ অনৌবা হোংলকইবদুনা অনৌবা জ্ঞান লৌশিং ওইবক্কনি।

খুৎশা হৈবগী থবক নত্রগা খুৎনা শু নোম্বা তন্বীবগা লোয়ননা অঙাং মহৈ মশিন তন্বীবা হৌগদবনি হায়বসি নিংথিনা খংনববনি। অসুম তৌববদি ৱাখল মমুৎ তাই লোয়ননা ৱাখল অমসুং খোং-খুৎকী হৈ শিংবা তৌবা ঙম্বা মপাঙ্গল

অমগা অমগা মবী লৈনা লোয়ননা চৎমিন্নৈ। অসুম তৌববদি হৌগৎলকইবা নিপামচা নুপি-মচাগী রাখল অদু মৌচিন শীজিন্নবদসু মমি তাহনবা য়াগনি। মসিনা মেচিন চলাযবা নিংথিনা ঙমহনগনি, (নিযম ঙাক্লা, তশেংনা, মবম চানা মেচিন শীজিন্নবা ঙমহনগনি; হৈ-বোই হৈতবোই নমদুনা ফেক্টবিদা থবক শুহনবা মীদি ওইববোই) লোযননা মসিনা অনৌবা নুংঙাইবা পল্লেপফম অমা থবক্কী লমদা তংতাবা পুবক্কনি। ইচম চম্না বিঞ্জানগী চাংয়েং, মাইক্রোসকোপ্তা যেংশিনবদা উবকপা অমদি মহৌশাগী (প্রকৃতিগী) ইচম চম্না শক্তম, অসি পূম্নমক অসিনা মখোযনা মহৈ মশিন তম্বদা নুংঙাইবা পোকহনগনি, পুন্সিগী খোংচৎকী মতাং খবমখৈ ভাব তাহনগনি, অনৌবা চাংয়েং তৌবা পামহনগনি, গ্রামাবগী ফ্রেজ (ফজবা রাহৈ চবুন) অমদি তাবিবা ফোর্মুলা তাজদুনতা লৈবগী মহুত্তা অনৌবা কযা পুথোকপা ঙমগনি। ইশাবু ইশানা থাজবা লোযননা পুকচেল-খোয়জেন তিন্নবা তেনগৎলকখি হৌখ্রবা মতমদা থোকখিবা ইচৌনা পীবা অথিংবা অদু পাথবকখি। অবেপ্পা লৈতনা অহোংবা নাযবা মেচিন শীজিন্নবগী হৈ শিংবা হেনগৎলকপনা পুবকপা সভ্যতা চাওখৎপনা মসি য়ৌনা চিংখৎলকপনি। অসিগুম্না চাওখৎ খোংথাং অসি, শিংথাবা য়াবা অহোংবনি, খুন্নুংগী ওইবম্না ফীবমদগী খংচোং চোংবনি; মসি পুম্বনা হৌজিক্কী মতমগা চান্নববা অচৌবা কল কাবখানাগা মবী লৈনহল্লি। মসিনা অনৌবা প্রোব্লেম অমদি খুদোংথীবসু থোকহন্দবা নত্তে, মসি চুন্নবনি, অদুবু হাযবিবা প্রোব্লেম অমসুং খুদোংথীনিংঙাই ওইবনু নমহৎনবগী উপাযবু মসিনা উত্তুনা তাকলি।

লাইবিক লাইশু তম্না মহৈগী মাইকৈদসু ঐহাক্কী পামজবা লৈ, থাযনগী ওইবা লাইবিক লাইশুদা ঐহাক্লা থাগৎলি, অদুমনদি ওইবগা বিজ্ঞানগী অহৌবা শকক, মক ওইনা ফিজিক্স, কেমিষ্ট্রি অদুগা বাইওলোজি লোযননা বিঞ্জানবু থবক্কী লমদা শীজিন্নবা, তম্বীবা অসি নিপামচা অমসুং নিপীমচাশিংগীদমক্তদি তৌদবা য়াদবা কান্নবনি হাযবা অসি ঐহাক্কী থাজজবনি। অসুম তৌববতদা মখোযনা ভাব তাগনি লোযননা মতমগী ওইবা পৃথিবীগী চাওখৎ লমচৎদা খনমখৈতা ওইবকসু যাওবা ঙমগনি। বিজ্ঞান্না বাংনা চাওখৎলকপা, হৌজিক মতমগী বিজ্ঞান্দা হৈশিংগৎলকপা (তুংদা হেন্না থোযনা লেপ্পা লৈতনা চাওখৎলকইবা), বিজ্ঞানগী খুংশু খুৎলোযগী মপান নাইদ্রবা অঙকপা শক্তি, অঙকপা ফংনা থাংনা নপাঙ্গল কল্লবা ইঞ্জিন, হাযবিবশিং অসিদা যাওবিবা মথৌনা লৈনা থিজিন হুর্মাজন্দুনা চলাযবিবা, পুাক্রং হুববা কাবখানা অমদি মহৌশা (প্রকৃতি) গী ওইবা মচাকপু শীজিন্নবিবা নিযম, মশীং লাকঙমদ্রবা থবক সুবা মীয়ামনা পাযখৎলকইবা নিংথিনা পাক শন্না লৈবিবা বিজ্ঞান, বাখল খন্দুনা থবক্কী মওংদা পুথোবকইবা, অসিপুম্বদা য়াম্না ঙকপ্রবা পোৎ অমা যাওব, পুম্নমক্কী মথক্তা, হাযবিবা পুম্বসি মীওইবগী রাগলদগী থোবকপা ঙাকনি, মসি চুম্নবনি।

# নিপানগুবা পন্দুপ

## নিপানগুবা তাংকক

# ইণ্ডষ্ট্রি চাওখৎলকপদা সরকারনা অপনবা পীবা
## (মহৌশাগী পোখোক, লাঞ্জাওগী পোখোক্লা নাকন্দা ইষ্কেক্কুনা থম্বা)

# মহৌশাগী পোখোক্তা লাঞ্জাওগী পোখোক্লা শাইদাংবা

টাটা আইবণ অমসুং ষ্টীল ৱার্ক্স, জমসেৎপুবদা লৈবিবা অসিনা, ভাবতকী অচৌবা কলকাবখানা ওইনা লৈবি। অসিগুম্বা অতোপ্পা অমত্তা লৈতে, অতৈ লৈবিবা ইঞ্জিনীযাব কাবখানাশিং অসিদি তশেংনা থবক শুবা দুকান্নি। সবকাবগী পোলিসিনা মবম ওইদুনা টাটাগী চাওখৎ পোংজেন তপথহল্লি। পৃথিৱীগী অহানবা লাঞ্জাও মতমদা, ইঞ্জিনগী গাড়ী, বেলগাড়ী অমসুং বেলগাড়ীগী দাবা (পোৎ পুনবা) ৱাৎশিল্লকলবদা, টাটানা শানবা খল্লবমই; অদুগা অদুমক পাংথোক্লবা মপান লৈবাক্কগী মেচিন (কল) লৈদুনা পুবকলমই; অদুবু লাঞ্জাওনা লোযবকলবদা ভাবত সবকাবনা অমদি (কেন্দ্র সবকাবগী লোইশং ওইববা) বেলওয়ে বোর্ডনা বৃটিশকী ইঞ্জিন মকোকপু হায়গুম তেংবাংংবা খল্লখি। তশেংবমক ইঞ্জিন মকোক শানবা লনাইগী ওইবা থৌবাং লৈবমদে মবমদি বেল লম্বীশিং পুম্নমক সবকাব অমসুং বৃটিশকী ওইবা কম্পেনীশিংগী মখুত্তা লৈবমই; অসিনা মবম ওইদুনা, ইঞ্জিন মকোক শাবগী ৱাখল অদু টাটানা থাদোকপা তাখি।

ইণ্ডষ্ট্রি অমদি মান্নবা শিল্লম কযাদা ভাবতনা মকোক লিংখৎকে হাযববদি ভাবতকী ওইনা অহৌবদা তৌদবা যাদবা মকওইবা থবক থৌবম অহুমখক লৈ; মখোয অদুদি (১) যাম্না হৰ্কচিনবা ইঞ্জিনিযাবগী থবক লোয়ননা মেচিন (কল) শাবা (২) বিজ্ঞানগী ওইবা থিজিন হুম্মজিনবগী লোইশং অমসুং (৩) ইলেক্ট্রিকী শক্তি পাঙ্গল। প্লান পুম্নমকী যুম্ফম লৈগদবনি, মসিগী মতাংদা নেশনেল প্লানিং কমিটিনা খ্বাইদগী কন্না শৌগৎলি। হাযবিবা মতাং অসিদা ঐখোযগীদি ইৱাত্ত ৱাৎলি; অয়াম্না মতমদা, ইণ্ডষ্ট্রিগী চাওখৎ খোংজেন্দা চিঁহৈ নায, চাং নাইদে। অসিগুম্না ইণ্ডষ্ট্রিগী চিঁহৈ নাযবা অসি সবকাবনা হান্নান পোলিসি পাযখৎলবদি, লৈবোইদবনি অদুবু সবকাবগী পোলিসিদি থোয়না হেন্না তাইওন্নখ্রে; ভাবত্তা লৈবিবা অচৌবা ইণ্ডষ্ট্রিগী চাওখৎ-খোংজেনবু থিংবনা সবকাবগী পোলিসি ওইখ্রে। পৃথিৱীগী অনিশুবা লাঞ্জাওদা (ইণ্ডষ্ট্রিগী) দবকাব ওইবা মেচিন, মপান লৈবাক্তগী পুবকপা থিংলমই; (মতাং অসিদা হাযবকপদা) জহাজনা পুথোক পুশিন তৌবদা খুদোংচাদবননি হাযনা মশা কননা মমৈথংদা হাযবমই। শেন্দা, তৈ-শিংবদা ভাবতনা কবিমত্ত হম্বা নত্তে, অৱাৎপা লৈতে; মেচিন্তনি ৱাৎলম্না, ইণ্ডষ্ট্রিদা তৈ শিংলবা কাংবুনা নুংনাংলির্বাদ মেচিন্তগীনি। মপান লৈবাক্কগী মেচিন পুবকপগী খুদোংচাববু পীবমলবদি ভাবতকী নোংপোক মাইকৈদা শোকনবম্না লাঞ্জাওগী ফীবমদা অহোংবা অমা পুবকলমগদবনি। নোংথক্কী লম্বী, খবচ যাম্না চংনা, অমদি যাম্না ৱানা পুবকপা তাবা, চংদ্রবা যাদ্রবা মকওইবা পোৎ পুম্না ভাবত্তা শাবা যাবমই। চীনা অমসুং নোংপোক মাইকৈগী ভাবতনা খুৎশু খুৎলায শাফম অমসুং থম্ফম ওইবমগদবনি লোয়ননা ইণ্ডষ্ট্রিগী চাওখৎ লমজেন্দা কানাডা অমসুং অষ্ট্রেলিয়াগা লম্না পাবা যাবমগদবনি। লাঞ্জাওগী মতাং মতুংইন্না দবকাব লৈবমখৈ কোযহং হংনদুনা কোয়থি থিনববসু বৃটিশকী ইণ্ডষ্ট্রিনা মতুংদা কান্নবক্কদবা অদুতমক খল্লমই; লাঞ্জাও

লোয়খ্রবা মতুং চহি কয়াদা বৃটিশকী ইণ্ডষ্ট্রিগা ক্রক ক্রক য়েংনবকপা য়াই খন্দুনা ভাবত্তা কবিগুম্বা মখলগী ইণ্ডষ্ট্রি অমতা চাওখৎহন্নিংলমদে। মসিগী মতাংদা লোম্না থুপ্পা তৌবা পোলিসি অমতা লৈবমদে; বৃটিশনা ফোংবা পাওজেল চে কয়াদা মসিগী মতাং ইনখ্রবনি (লোয়বা লৈতনা) অবোয অখম নাইদনা মসিগী মতাংদা পন্নবমই লোযননা মসিগী মায়োক্তা ভাবত্তা য়ানিংদবা কযা উৎখ্রবনি।

তুংদা থোরক্কদবা, শাংনা উববা, টাটা ষ্টীল লিংখৎলম্বা জমসেটজী টাটানা মসিপুম্বা নিংথিনা উবনা বাঙ্গলোবদা ইণ্ডিয়ান ইনষ্টিট্যুট ওফ সাইন্স লিংখৎখি। থিজিন হুমজিনবগী ইনষ্টিট্যুট অসি ভাবত্তদি মসিগা মান্নবা অমা লৈত্রবনি। মসি নত্তবা অতৌদি অকক্কবা থবক্কী ওইবা সবকাবগী ইনষ্টিট্যুট খবা মণ্ডাই। বিজ্ঞান অমদি ইণ্ডষ্ট্রিগী মবমদা থিজিন হুমজিনবগী মপান নাইদ্রবা থবক পায়খৎপা ইনষ্টিট্যুসন, একাডেমি লিশিং লিশিং লৈবে, মকওইনা আমেবিকাদা বশিযাদা অখন্নবা ষ্টেসন কযা লিংখৎপ্রে অদুবু ভাবত্তদি, বাঙ্গলোবদা লৈবিবা ইনষ্টিট্যুট অমদি বিশ্ববিদ্যালযশিংদা খব খবা থূৎ থূৎ তৌবিবসি নত্তনা, কবিমত্তা থৌশাবীদ্রে। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও হৌথ্রবা মতুং অদুব্রাইদা বিছার্চ শৌগৎনবা কন্না হোৎনবম্মি; য়াম্না পীক্লা হৌববসু মদুনা অফবা কান্নবা কযা পূবকখি।

জহাজ শাবা, বেলকোক শাবা, থৌগৎপদি লাযবদুনা খিংলমই; হবাগাড়ীনচিংবা শানবা, কলকাবখানা লিংখৎনবা হোৎনবদুসু মওম ইশান শাল্লমদে। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও হৌগদবা চহি খবা ব্রাৎলিঁডদা মসি হৌগৎনবর্বনি, হবাগাডী শাবদা মমিং চৎলবা আমেবিকাগী ফার্ম অমগা তান্নদুনা থবক লোযকবর্বনি। মচাক পুনশিন্দুনা শাগৎপগী থৌবম ভাবত্তা হান্নমা পাযখৎখ্রবনি। ভাবত্তা লৈবা ভাবতমচানা মশানা শিল্লাংজদুনা ভাবতকী শেন্না মচাক শানবসু হৌগৎনবা খন্নবমই। অহানবা হৌগৎলকপা মতম খবগীদমক, আমেবিকা কোর্পোবেসন অমনা শিন্দুনা, মখোযগী লৈজবা মওং লৌদুনা শাবা যানবমই, শাবা মতমদা হৈ শিংলবা থবক খংলবা কাংবুনা যেংশিনগে হাযনসু যাবমই। কঙ্গ্রেস মন্ত্রিনা শাসন পুবা বম্বেগী প্রোভিন্সিযেল সবকাবনা তোঙান তোঙানবা হীবম কযাদা মকওইনা প্লানিং কমিটিসু মথব্রাই যাওবমই। মকওইনা পুম্নমক শেমশাবা লোযবমই; অৱাৎপা হায়ববু মেচিন পুবক্কদবতা ঙাইর্বনি। অদুবু ভাবতকী সেক্রেটবি ওফ ষ্টেটনা যাবমদে, মেচিন পুশিল্লকপা যাবোই হাযনা য়াথং পীবমই। মহাক্কী মতি "মতমদুদা ইণ্ডষ্ট্রি অদু লিংলবদি লানগীদমক্তা অথুবা ওইনা তঙাইফদনা দবকাব ওইবা থবকসুবা মী অমসুং মেচিন লৌবদা অপনবা ওইগনি"। মতম অদু লাঞ্জাও হৌবকপা অহানবা থানি, মথোংমবম খংদবা মতমনি। থবকশুবা মী, থবক্তা হৈশিংলবা মী মবাং কাযনা ফংলমই; অদুগা অশেংবদি মখোয় অদু তল্লমই হাযনা হাযবমই। লানগীদমক দবকাব য়াম্না লৈ হাযবদুমক অওকপা এবৈগী ব্রাফমনি মবমদি হঙ্গৎ হন্দা চৎনবা, পোৎ পুনবা, হব্রাগাডীমক মতমদুদা যাম্না দবকাব ওইবমই। মহাক্না হায়বগা লোয়নববা, ভাবতকীদমক্তা লগুন্দা ফমদুনা লৈবা সেক্রেটবী ওফ ষ্টেটনা ব্রাফম অসি কবিমত্তা তাখিদে। ভাবত্তা কন্নাগুম্বা অমনা মবনাই ওইনা গাডী শানবা কাবখানা লিংবদু, যাম্না চাওবা, অমেবিকাদা লৈবা গাডী শানবগী কোর্পোবেশন্না খম্মনবনা যানিংলমদে হাযনা বিপোর্ট তৌবমই।

গাড়িগী থবক্লা, ভাবত্তা, লানগী অচৌবা থৌদাং লৌবমই। হব্রাগাডী, বেলগাডী, বেল ইঞ্জিন, বেল দাবা, পেট্রোল অমসুং কযলা পুম্নমক অৱাৎপগী অৱাৎপা গুক্ত ঙাইবমই। লালহৌদ্রিডৈ মমাংদা, ভাবতকী ওইনা হৌদোকবম্না ব্রাফম অদু অবেম্বা তাহল্লমদ্রবদি, হৌজিক নংলিবা অব্রাবসি নংলমলোইদবনি, যাম্না লাযনা পাংথোকলমগদর্বনি। বেল কোক, বেল গাডী, কাব, মোটব, ট্রক, ট্রেক্টবনচিংবা ভাবত্তা শাবমগদবনি। পেট্রোল ফংলক্রবা নতমদা পবাব আলকোহলনা, লৈতবগী অব্রাবা খবমখৈ কোকহনলমগদবনি। ভাবত্তা কযলাগী তাংবা লৈতে; শীজিন্নবা পুখোকইবসিদি খবদনি; অয়াম্বদি খাক্লুনা পৈশিন্দুনা থর্মাল। কা হেন্না তাল্লবা ফাওবদা কযলা খবদং পুথোকপনা অদুম কোন্নবমই। কযলা খনিগী ফীবম যাম্না ফৎলমদে, থবক শুমন তানা পীবমই, অদুনা থবকশুবা কাংবুনা নুংঙাইজবমদে। পীকলবা থবক শুমন্না, থবক শুবী নিপী ফংবনা মমৈথংদা লৈনুংদা নিপানা থবক শুবা লিংলম্মদ খিংখিদ্রে। কযলা ইণ্ডষ্ট্রিগা ফাংনা

ফগৎহন্নবা, কুপ্পা যেংশিন্নবা, থবকশুমন হেনগৎহল্লবা কবিমতা হোৎনদবনা থবকসুবা কাংবুনা থবক শুনিংলমদে। কয়লাগী অৱাৎপা লৈবনা, ইণ্ডষ্ট্রি শন্দোকপদা অপনবা পীবমই; লোয়ননা হান্না লৈবন্না ফেক্টবিশিংগী থবক লেপ্পা তাবম্মী।

বেলগাড়ী ইঞ্জিন চামনা খুজিং ওইনা লোযননা বেল তালিদা চেংবা কাব লিশিং লিশিং ভাবত্তগী জহাজনা মিডল ইষ্ট তান্না পুখিবনা ভাবত্তা চথোক চৎশিন তৌবগী খুদোংথীবা থোকহনখি। অতৈ মফম কয়া তান্না শেল্লন্থা হান্না লৈজবম্বা লম্বী কযা থিংজিনখি। তুংদা কবি থোকলগদবগে হায়বা খন্দনা গুহাক গুহাক্কী ওইনা হোংদোক হোংজিন তৌবনা অগুকপা পোকহল্লম্মী। প্লানিং অমদি মতুংদা ওইবক্কদবা ৱাখল শুকতৌ-তৌদবা, মীচং মীখায় নাযবা থৌশিন্না, হেন্না শাথিনা লূববা থৌদোক থোকহনখি।

১৯৩৯ না লোযশিল্লকপা ১৯৪০ না হৌবকপদা ভাবত্তা এবোপ্লেন শানবা ইণ্ডষ্ট্রি অমা লিংখৎনবা হোৎনখি। আমেবিকাদা লৈবা ফার্ম অমগা পুন্নমক নৌহৌননা গুাংনদুনা শিল্লাংখি; মখোযনা য়াবকপগী পাও ভাবত সবকাব অমসুং মকওইবা অতৈ মযমসিংদা থাবকখি। মদুগী পাওখুম অমতা পীখিদে। হন্না হন্না হংজিল্লকলবদা ষ্কীম অদু যাদবা পাওখুম অমা থোবকখি। ইংলণ্ড অমসুং আমেবিকাদগী নখোয়না এবোপ্লেন লৈবা গুমলবা মতম অসিদা কবিগীদমক ভাবত্তা এবোপ্লেন শাগদগে হায়খি।

লাঞ্জাও থোক্লিংডৈ মমাংদা হিদাক লাংথক, মহি মনাই, অমসুং ইঞ্জেক্সন কাপ্পবা হিদাক যাম্না জর্মনদগী ভাবত্তা পুশিল্লকখি। লাঞ্জাও থোবকপনা মদু লেপখি। যাম্না মকওইবা দবকাব লৈবা তেকা থানবা হিদাক অমদি অতৈ হিদাকলাংথক ভাবত্তা শান্নবা হৌদোকনবকখি। মদু সবকাবগী ওইবা লোইশং (মহৈ তম্নবা লোযশং) খবদা ইবাই লায়না হেক্ত পায়খৎপা য়াবা থবকনি। অদুবু ভাবত সবকাবনা মদু যাখিদে। দবকাব লৈবা পুন্না ইম্পেবিয়েল কেমিকেল ইণ্ডষ্ট্রিজদগী হেক্ত ফংবা লৌবা যার্গানি হায়বমই। পোৎ অদুমক মমল যাম্না তানা ভাবত্তা শানা গুমর্গানি; মশাগী ওইজবা তান্দবা সিফাই অমসুং প্রজানা শীজিন্নজবা যার্গানি হায়না হৌদোক্লবকখি; ষ্টেট পোলিসি খন্নবদা কবিসু নওবা হীবমশি অসি খন্নবা অৱাংবা থাক্কী অণ্ডর্ম্নশিংনা যানিংলমদে। অসুম্না হাযবমই, "সবকাব অসি লল্লোন ইতিক্কী লোযশং নত্তে।"

সবকাব অসি লল্লোন ইতিক্কী লোযশং নত্তে। হায়বিবা অসিনা (মপোয়দা) খুদোংচাবা কান্নবা কযা পীবমই। খুদোংচাবা অসিদা নত্তনা মখোযগী ওইজবা কান্নবা কয়'মসু লৈবমই; অদুনা টাটা নত্তনা ভাবত্তা লৈবা ফাম অমতনা মখোযগীগা লেংমান্নবা গুর্মখিদে। খুদোং চাবসিদা নত্তনা ইংলণ্ড অমসুং ভাবত্তা মখোযগী কল্লবা শক্তি কযামসু লৈবমই। ভাবতকী ভাইসবোই ফম থাদোকখ্রবা মতুং থা খবগী মনুংদা লোর্ড লিনলিডগোনা ইম্পেবিযেল কেমিকেলগী ডিবেক্তব অমা ওইনা থোবকখি।

## ১৯৪২, ডিসেম্ববদা লোর্ড সিললেডগোনা ভাইসবোই ওইবে হাযনা লাওথোকপা

"পোৎ পীবা-যোন্নগী লমদা চাওববা থবক কযা ঐখোয়না পাংথোকখি। লাঞ্জাও হৌবকপা অহানবা থা তককতা, তোমথিন ওইনা মমল লৈববা কান্নববা থৌদাং ভাবতনা পাংথোকলমই; চাওবাক্লা ক্রোব ২৯ গী ঠিকা ভাবত্তা পীবকখি। ১৯৪২ এপ্রিলদগী ওক্টোবব ফাওবা, মথং থা খবদা ক্রোব ১৩৭ শুজিল্লকখি। ১৯৪২ ওক্টোবব লোযবা মতম ফাওবগী মনুংদা যামদ্রবদা ক্রোব ৪২৮ যৌবকখি; হাযবিবা শেনফম অসি, য়াম্না যামলে হাযনা খঞ্জবা, খুৎশু খুৎলায় শাফম ফেক্টবিদা থবক শুবগী অশুমন নিংথিনা কায়থোকখিদে।* হাযবিবা অসি যাম্না চুমলবনি; মসি লাওথোকখিবগা লোযননা লাঞ্জাওদা ভাবতনা লৌখিবা থৌদাং অগুকপা ফংনা হেনগৎলকখি। মসি উকবদা ভাবতকী ইণ্ডষ্ট্রিগী শক্তি-মপাঙ্গল অণ্ডকপা ফংনা হেনগৎলমলগনি লোযননা পোখোক্কী হেনগৎলকপা উৎপা দাক ওল্লোক্লা ৱাংখৎলমগনি হায়না কনা'মনা খল্লন্না যাই। অদুবু অগুকপনি, হায়দগী হেনগৎপা, অওনবা কবিমতা লৈবমদে। ১৯৩৮ ৩৯ দা ভাবতকী

ইণ্ডষ্ট্রিগী থবক হেনগৎলকপগী দাগ ১১১.১ ওইবমই (১৯৩৫ দা ১০০ ওইবমই)। ১৯৩৯-৪০ দা ১১৪.০ নি; ১৯৪০-৪১ দা ১১২.১ নী ১২৭.০ ওই; ১৯৪২ এপ্রিদা ১০৯ ২ দা তাথবকই অদুদগী অমুক খব খব হেনগৎলকপনা ১৯৪২ জুলাইদা অমুক ১১৬.২ য়ৌবকখি। লানগী খুৎশু খুৎলাই অমসুং হিদাক লাংথক যাওদবনা পীবিবা চাং অসিমক মপুং ফাদ্রিবনি। অদুম্নদি ওইবগা হায়বিবশিং অসি মশীং চন্দ্রবা যাদ্রবা ঙাক্লি।

নোংমৈ, নোংমৈমচাক, বোম, তোপনাচিংবা লানগী খুৎসু খুৎলায় নত্তনা, লানগী মমাংদা থোকপা ইণ্ডষ্ট্রি পোথোক্তগী ১৯৪২ জুলাই থাদনা য়াম্না হেল্লমই, মদু অঙকপনি। ১৯৪১ ডিসেম্বর থাদা মতেক খব ক্রক ক্রক তকশিল্লমই; মতমদুদা পোথোক্কী চাংসে ১২৭.০ য়ৌবমই; অদুদগী অমুক তাথবকলমই। অদুবু ইণ্ডষ্ট্রিশিংদা সবকাবনা শিঙদুনা লৌবা পোৎকী মমল য়াম্না হেনগৎলমই। লোর্ড লিনলিদগোনা পীবা হিংসাপ মতুংইন্না ১৯৩৯ ৪০ গী থা তকক্তা, ওক্টোববদগী মার্চ্চ ফাওবদা সবকাবনা যানবা অমগা মকাদা লৌবা পোৎকী মমল লুপা লাক্ষ ২৯০ নি অদুগা ১৯৪২ গী থা থকক, এপ্রিলদগী-ওক্টোববগী কন্ট্রেকনা লুপা লাক্ষ ১,৩৭০ নি।

লানগীদমক শীজিন্ননবা তৌবকপা ওর্ডবনা ইণ্ডষ্ট্রিগী পোথোক্তা য়াম্না হেনগৎহনবা নত্তে, লানগীদমক্তা ওইবনা থোকইবা পোৎ অদু য়াম্না হেন্না ফনা শাবনা পোথোক্তা চাং তার্বান। মতম খবা লানগী দবকাব ওইবা পীনবা হোৎনবদা প্রজাগী দবকাব ওইবা পোথোক্তা অকীবা ফংনা হম্ববমই। মদুদগী থোবকপা মমৈ তাবা ফলদি অৱাবনি। ভাবতকীদমক লগুন্দা ম্নানা খল ওইনা লেপ্পা শেনগী মমল হেনগৎখি, ভাবত্তা লৈবা মী খবতনা শেন লিশিন্দ্রনা থমতৌই; চংদ্রবা যাদ্রবা দবকাব ওইবা পোৎ ফাওবা লৈবাক অসিগী মফম পুম্বদা (শিনবা থুংনা) ফংলক্রে; লেপ্পা নাইদনা হেনগৎ হেনগৎনা চেগী শেন (নোট) চায়থাবকখি; পোৎকী মমল লেপ্তুনা হেনগৎলকখি, মতম খবতগী মনুংদা থাজবমদবা চাংদগী হেনগৎখি। ১৯৪২ গী চপুক্তা তাংদবা যাদবনা পোৎচৈ তাংখৎলকখি, ১৯৪৩ গী নাকেন থাদা বেঙ্গলদা অমদি ভাবতকী মফম কযাদা চাকতাংবনা মী লাখ কোটি কয়া হাৎখি। লানগী লুম্নবা পোৎলুম, লানগা মবি লৈননা সবকাবগী অফিসাবশিংনা খনবা চথবা অনানবা খবক্কী পুঙমদ্রবা পোৎলুম অদু লেংদা থোংদুনা পুবা ঙম্লবোই খংলবসু চেনবদা হিংদ্রবা, ভাবতকী প্রজা কোটি কয়াগী মথক্তা তাখি; তপ্পা তপ্পা চবা হেনজিল্লকপনা তমথীববা অশিবগী খযাত্ত তাগ্রবা, ভাবত্তা হিংদুনা লৈজবম্না মশাং লাকঙমদ্রবা প্রজা, পুঙমদ্রবা পোৎলুম্না তকখার্যাখি।

ঐহাক্না পীবিবা চহি চৌশিং ১৯৪২ না লোমলে। মসিগী মখা তাববোই। মতমদুগী মতুংদা অহোংবা কয়া লাকখি; হৌজিক্তি ইণ্ডষ্ট্রিগী থবক কনখৎলকখি লোযননা পোথোকসু হেনগৎলকখি।* নিযম মতুংইন্না মখোযনা খনম্বা বেকোর্টতদি কবিমতা উৎলমদে। চথবিবা নিযম হোংবা তৌদনা চথবমই, অৱাবগী ৱাখল মশম মশম্ননা লেপ্পা লৈতনা লাকখি, ঙহাক্কী ওইনা ৱাতেমই, মতম খবংগী ওইনা প্রজাগী ৱাকৎ কোক্লবা থবক পাযখৎলমই; প্লান অমসুং পাক্লা শগ্না হান্না পাযখৎকদবা থবক্কী মবমদা খন্নদবগী খন্নদবা হান্নদৌনা অদুম চথবমই, বৃটিশকী ওইবা ইণ্ডষ্ট্রিগী মিচং মিখায নাযবদি হৌজিকসু মতুংদসু কায়দনা অদুম চথবি – মখোযনা অসুম তৌবিঙৈদা প্রজাদি লেপ্পা নায়দনা চবা হেঞ্জিল্লকলি, চাক ফংদবা অমদি অচৌবা লাইনা শন্দোবকপনা মশীং নাইদনা মী শিজিল্লকলি।

মতমদুদা লৈবা ইণ্ডষ্ট্রিশিংগী মনুংদা মকওইনা ফীবোন শাবা, যোৎ অমসুং ইস্পাৎ অমদি লিমোনগা ইণ্ডষ্ট্রিদি নিংথিনা চাওখৎলমই হায়বা চুমই। ইণ্ডষ্ট্রি কন্না চলাযবা কাংবু, লাঞ্জাও মনুংগী ঠিকাদাবশিং, শেন খোমজিনবা কনবা কাংবু অমদি শেন্দোয অতোংবা চাবা কাংবুগী মবক্তা কোটিপতি কয়া'মা থোবকখি; খাজনা চাওনা লৌবব ফাওবদা ভাবত্তা লৈবা প্রজাগী মনুংদা খা ৱাংনা লৈবা কাংবু অমদি শেন য়াম্না খোমজিনহৌই। অদুগা থবকশুবা কাংবুদি মযামগী ওইনা কান্নবা কবিমতা ফংলমদে; লাঞ্জাওগী মতমদা থবকশুবা কাংবুগী ফীবম য়াম্না ফত্তে হাযনা থবকশুবা কাংবুগী লুচিংবা মিষ্টব এনঃ এমঃ সিন্ধদা লৈবা লৌযাম চাবা অমসুং মযাই ওইবা থাক্কী লৌমীদি চাওখৎলমই অদুগা লৌমী মযামগী ওইনদি লৌমী পুম্না লাঞ্জাওনা যামফক তাহল্লমই, অদুনা মবম ওইদুনা থীনা অৱাবদা তাবমই। সাধাবন মীযাম প্রজা পুম্বদি, শেনগী মমল হম্ববকপা পোৎকী মমল হেনগৎলকপনা, থিনা যৈহৎলমই।

১৯৪২ গী চবুক চল্লকপদা আমেবিকাগী মখুৎ মশা হৈববা মিসন — গ্রেডি কোমিটি, ভারত্তা লৈবিবা ইণ্ডষ্ট্রি যেংবা, ভাবত্তা লাক্লমই; পোথোক হেনগৎনবা পাওতাক কয়া মখোয়না পীবমই। লানগীদমক্তা পোথোক হেনগৎনবা যেংশিনববা মখোযগী থবক ওইবমই। ভাবত সবকাবনা থিংজিনখিবনা মখোয়গী বিপোর্ট (ব্রাবোন) শুকপোং ফোংখিদ্রে। মখোয়না যানিংবা-শযনিংবা খজিক্তং, লাওথোকখিবা অদুদা মঙাই। পব্লাব আলকোহল পুথোক্লবা, য়োৎ-ইস্পাৎকী ইণ্ডষ্ট্রি পাক শন্না শন্দোক্লবা, ইলেক্ট্রিক-পব্লাব হেনগৎহন্নবা, এলুমিনিয়মগী পোথোক য়ামহন্নবা, নিংথিনা শেংদোক্লবা সল্ফব পুথোক্লবা, মখোয়না মখোয়গী মত কয়া পীবমই; লোয়ননা তোঙান তোঙানবা মখলগী ইণ্ডষ্ট্রি পুম্নমক মবী মখোং শেংনা চাওখৎহন্নবসু মখোয়না পাওতাক পীবমই। আমেবিকাগী নমনাদা, হান্না লৈববা সবকাবগী এজেন্টশিংগা মবী লৈনদনা, ইণ্ডষ্ট্রিগী পোথোক নিংথিনা চৎহন্নবা লোইশং লিংখৎনবসু মখোয়না তাক্লমই। লাঞ্জাওগী ব্রাখলদা লুপখিবনা, অতৈ হীবমদা পুক্লিং চংদ্রবা ভাবত সবকাবগী মতম খবতগী ওইনা মতম লেনবা, থবক ওইনা পুথোকপা য়াদ্রবা, ভাবত সবকাবগী নিতি নিয়মবু তশেংনমক গ্রেডি কমিটিনা নিংথি নুংঙাইনা হায়বমদে, থাগৎলমদে। ভাবত মচাতনা পাক্লা শন্না চলার্যাবব৷ টাটা ষ্টীল ব্রার্কুকী থৌশিল অমসুং হৈব-শিংবদুদা মখোয়না ঙকলমই। অফবা পোথোক অর্মদি ভাবতকী থবকশুবা শিন্নীগী তৈশিংবা উবদা, মিসন অসিনা থাগত্তবা ঙমদে হায়না গ্রেডি কমিটিনা ইবা বিপোর্টকী ব্রাহৌদোক্তা পল্লি। ভাবত মচাশিং অসি মখুৎ মশা হৈ-শিংই; মখোযনা মথৌ মশক খংনা থবক শুবনা অর্মদি নোম্বা কনবনা, মখোযনা থবক শুবগী কবাব অদু নিংবা থুংনা পী লোয়ননা থাবকশুবা মীগী থবক পীবদা মখোয়গী কান্নবসু য়েংবি।*

হৌখিবা চহি অনি অহুমগী মনুংদা ভাবত্তা কেমিকেল ইণ্ডষ্ট্রি থোবকখি, জহাজ শাবদা খুমাং চাওশিল্লকখি, অহানবা ওইনা এবোপ্লেন শাবা হৌগৎলকখি। খাজনা চাওনা পীববফাওবদা লিমোন অমসুং ফীবোন শাবগী মিল (কল) যাওববা লাঞ্জাও মনুংগী ইণ্ডষ্ট্রিনা শেন্দোং চাওনা ফংখি, পৈসা থাদবকপবু ভাবত সবকাবনা থিংখি। লাঞ্জাও মতুংদাদি থিংবা হৌনবা খবা থিংলবসু হৌজিক্তি পুংকোম কোমথোকলে। অসুম্না কোমথোবকপসিদগী অচৌবা কাববাব কযা তৌনবকলে, চাওব চাওববা ইণ্ডষ্ট্রিগী স্কীম কযা পাযখৎনবকলে। মতম শাংনা ফাজিন্দুনা থমলুববা ভাবত, হৌজিক চাওব চাওববা ইণ্ডষ্ট্রিগী অবোযবা ঙমখৈ তম্না ফুজিল্লকলে।

* গ্রেডি কমিটিগী বিপোর্ট পন্দুপ পংখৈ নাযনা নৈনদুনা কোমার্চ্চনা (বম্বে, ১৯৪২ নবেম্বব ২৮) হাযবমই, "লাঞ্জাও লোয়প্রবা মতুংদা নোপোক্কীগা নোংচুপ লমদমগী ইণ্ডষ্ট্রিগা কন্না ক্রক ক্রক য়েংনদুনা তান্নবা যাদনবা লৈবাক সিগী ইণ্ডষ্ট্রিবু ঙর্কাথ-চপ্পবা হোৎনবদা শক্তি শীজিন্নদুনা ভাবতকী ব্রাংমা ফাওবদা শন্দোক্লবা তৌবমই, মদু অচুম্বা ব্রাফমনি"।

# মাপলশুবা পন্দুপ

# পৃথিবীগী অনীশুবা লাঙ্গাওগী অরোয়বা তাংকক

## অহানবা তাংকক

## কঙ্গ্রেসনা মীরৈবাক্কী পোলিসি লৌশিনবা অমসুং চাওথোকহনবা

ভাবত্তা লৈবা অতৈ বাজর্নীতি দলগুম্না, নেশনেল কঙ্গ্রেসনা মতম শাংনা, মনুংগী ওইবা লৈবাক্কী বাজর্নীতি মপুং থিংনা নৈনবমই; অদুগা মীবৈবাক্কী ওইবা চাওখৎলমদা কবিমতা নাচুংলমদে। তবামাপাল-কুনশুবা খৃষ্টাব্দদা মীবৈবাক্কী ওইবা থবক্তা খবমখৈ ওইনা যেংশিনবা হৌখি। শোসর্যেলিষ্ট অমসুং কম্যুনিষ্টকী পীকলবা কাংলুপ নত্তনা পেলেস্তাইনগী থবক্তা মথৱাই যাওবমই অদুগা কবি কবিগুম্বদা আববতা লৈবা মুসলমানগী কান্নগদবা যেংদুনা ৱাবেপ লৌবমই। তর্কী, ঈজিপ অমসুং ইবানগী মবৈবাক মজাত্তি নিংববু মখোয়না মুন্ন যেংলমই, মদু শুকখং খংদনা তৌবদি নত্তে; মদুনা তোপ তোপ্পা অমা ওইখিবনা, ইসলামগী ট্রেডিসনগা মবী লৈনদ্রবা অহোংবা বিফোর্ম কয়া পুবকখি। অতৈ লমদম কযাদা লৈবা শেঙ্গাও পাযবগা মবী লৈনবা বাজর্নীতি অমসুং অর্থনীতিগা মবী লৈনদ্রবা, মনিং তম্বা জাত্তিগা খুৎশম্নদুনা চৎমিন্নবা যাবা, মীবমগী পোলিসি কঙ্গ্রেসনা খব খব ওইনা নৈনবকখি। মসুম্না চথবকপনা, ভাবতনা নিংতমলক্লবা তকশিনবদা তেংবাংলমই। ১৯২০ গী অহানবা শকক্তা মীবমগী পোলিসিগী মতাংদা কঙ্গ্রেসনা ৱাবেপ লৌখি, অতৈ জাত্তিশিংগা খুৎশম্ননা চৎমিন্নবা পাম্বা, মকওইনা যুমথংনবা লৈবাকশিংগা মকপ শান্নবা পাম্ববু ৱাবেপ অদুদা যাম্না কন্না পল্লমই। অচৌবা লাঙ্গাও অমা হৌবকপগী ওইবা য়াবদু কাযনথংদা খন্নবমই; অনিশুবা লাঙ্গাও অমা হৌবকপগী ওইবা য়াবদু কাযনথংদা খন্নবমই; অনিশুবা লাঙ্গাও হৌগদবা চহি তবানিথোই ৱাৎলিঙৈদা, ১৯২৭ তা মসিগী মতাংদা ইহান হানবা ওইনা কঙ্গ্রেসনা মশাগী পোলিসি লাওথোকখি।

হাযবিবা অসি, হিটলাবনা শক্তি পাযগদবা চহি ৫ নত্রগা ৬ ৱাৎলিঙৈদনি; ইটালিদা মুসোলিননা মশাগী ফীবম চেৎশিনহল্লমই তৌইগুম্বসুং পৃথিবীদা শান্তি খুগাযবা ঙম্বা খ্বাই পুম্নমক্না কীনবা শক্তম অমদি ওইখিদে। ফেসিজম চৎপা (নেসনেলিষ্ট ওইবা কম্যুনিজম য়াদবা) ইটালিনা ইংলণ্ডগা মকপ ওইবম্মী; বৃটিশকী বাজর্নীতি -মচিনচৎপা মীশিংনা দ্যকপু থাগৎলমই। ইউবোপতা অপীকপা ডিক্টেটব কযামকম লৈবমই; বৃটিশ সবকাবগা মখোযগা খুৎশম্ননা চৎমিন্নবমই। ইংলণ্ডগা সোভিয়েট বশিযাগা লৈবাক অনিগী মবক্তা যানদবা অচৌবা মবম লৈবমই; মদুনা মবম ওইদুনা আর্কোস লাল্লৌ থোকলমই লোয়ননা মখোয়গী (সবকাবগী) মিহুৎ (এম্বেসেদাব) লৌথোক্লবমই। লিগ ওফ নেশনদা অমদি ইন্টবনেশনেল লেবব অফিসতা বৃটিশ অমসুং ফ্রেন্সকী পোলিসিদা মপুং ফানা কোঞ্জাবভেটিভ (অহোংবা পামদবা হান্না চৎলিবা অহোংবা নায়দনা চৎপা) ওইবমই। লান্দা খুৎশু খুৎলায শীজিন্নবদা ককথনবগী লোয়বা লৈতনা খন্ন-নৈনবদা লিগতা য়াওবিবা অতৈ লৈবাক্কী মীহুৎশিং অমদি ইউঃ এসঃ এঃ না অকোনবগী বোম থাদবকপা অসি পুমথিং থিংনবা হায়নবকপা মতমদা মকওইবা ৱাফম খবা শোক্তনবা (শোক্তনা থম্নবা) তৌবমই। পুলিস পর্পজগীনি (শান্তি ঙাক্লবনি) হায়দুনা ভাবতকী অৱাং-নোংচুপ লমদমদা, ইবাগকী সহব অমসু খুঙ্গংদা বোম তাদনবগীদমক, চহি কয়ামকম, বৃটিশনা এবোপ্লেনা

শীজিন্নখি। লিগতা, অমদি মমৈথংদা খুৎশু খুৎলায় ককথনবা ফম্না কন্‌ফবেন্সতা, মতাং অসিদা ময়ামগী য়ানবা অদু থিংবা ওইনা নোংথক্তগী এবোপ্লেন্না মফম খবসিদা বোম থাদবা য়ানবা কয়া তর্কশিনখি।

জর্মনি – রৈমাব বিপব্লিকান জর্মন, লিগ ওফ নেসন্সকী মেম্বব ওইবমই; ইউবোপতা মতমপুম্বদা শান্তি পুবক্কবা হোৎনবদা লোকার্নো, লমযানবা অমনি হায়না নুংঙাইবা ফোংদোক্তুনা লাওনবমই লোয়ননা বৃটিশনা পোলিসিবু মহৈ যালহল্লমই হায়নসু হাযনবমই। সোভিয়েৎ কসিয়াবু তোঙান্না তাহনবসু, চাওখৎ থৌবাং, মসিগী অতোপ্পা মতাং অমা ওইবমই; অদুগা কসিযাবু মায়োক যানবা অপুনবা কাংলুপ অমা ইউবোপতা নোমখিবমই। কসিয়াগী লাহ্লৌ (বিভোলুসন) নিংশিংবা, তবাশুবা চহিগী কুমওন, মতম অসিমক্তদা, কসিয়ানা পাংথোকখি; টর্কী, ইবান, আফগানিষ্ঠান অমসুং মঙ্গোলিযানচিংবা নোংপোক মাইকৈদা লৈবা লৈবাক কয়ামকমগা মকপ শান্নবদু কশিয়ানা থোইনা মবা চেৎশিনহনখি।

চীনা লাহ্লৌসু (বিভোলুসনসু) খোংকাপ লাওনা থুনা থাংজিল্লকখি; মীবৈবাক মচাগা, মকওইনা বৃটিশকা লাম্বেংনদুনা নেশনেলিষ্ট আর্মীনা চীনা তংখায অমা মখুৎ চনখি; বন্দবদা (হিথাংফমদা) লৈবা সহবর্শিং অমসুং মনুংদা লৈবা সহব কয়াদা অপাম্বগা লোয়ননা তকশিল্লকখি। মসিনা মবম ওইদুনা লৈবাক অদুদা ইবাং থোককখি লোয়ননা কৌমিন্তাংবু যেক্কবা কাংলুপ কয়ামকম ওইনা, মচেৎ মচেৎ তানা থুগায়খি।

ইউবোপতা লৈবা জাত্তি কাংলুপ কয়া, ইংলণ্ড অমসুং ফ্রান্সনা লুচিংদুনা, অদুগা সোবিয়েৎ কসিযাগা নোংপোক মাইকৈদা লৈবা জাত্তি কয়াগা খুৎশম্নদুনা, খুৎপু অনিগী মবক্তা পৃথিবীগী ওইবিবা ফীবমনা, অচৌবা লাঞ্জাও অমা শিনজিল্লমই। খুৎপু অনি অসিগা তিন্নদনা ইউনাইটেড ষ্টেট ওফ আমেবিকানা তোঙান্না মতোমতা লৈবমই; কম্যুনিজম পামদবনা কসিয়াগা তিন্ননিংলমদে, বৃটিশ পোলিসি থাজদবনা অমদি শেম্ভুম অমসুং ইগুষ্টিগী লমদা বৃটিশকা ক্রক ক্রক যেংনবনা বৃটিশকা খুৎশম্না চৎমিন্ননিংলমদে। খন্ননিংঙাই ওইবা হাযরিবা অসিগী মথক্তা, আমেবিকানা তোঙান্না মতোমতা লৈনিংলমই, লোয়ননা ইউবোপতা লৈবা জাত্তি কাংবুনা মখোয় মশেন খৎনবসিদা, চবখৎ ওইনা লোইবংখোংনাং শাকগদবসু কীবমই।

অসুম্না কাংলুপ নাইবকর্পসিদা, সোভিয়েৎ, কসিযা অমসুং নোংপোক মাইকৈদা লৈবা জাত্তি কযাগা মীচং শোয়দনা ওইমিন্ননিংবগী মত ভাবতনা উৎলমই। য়াম্না চুংশিনমিন্ননিংবা লৈবাক কয়ানা, শোসিলিজমগী ব্রাখলদা পার্মাশিন্না লুপশিন্দুনা, চংশিনবা অমদি কমুনিজমবু পাক্লা শন্না শন্দোকলে হায়বদি নত্তে। ভাবতকী নিংতম্বা নকশিল্লগা শোযদ্রে হাযনা অঙকপা খুদম পীবকপগুম, লোযননা চীনাগী লাহ্লৌবনা মাইপাকলকপনা, নুংঙাইববা ব্রাখলগী ইথিন পীখি। ডচ্চ, ইষ্ট ইণ্ডিজ অমসুং ইন্দু চীনাদা, এশিয়াগী নোংচুপ্তা লৈবা লৈবাক অমসুং ইজিপ্তা, মবৈবাক মজাত্তি নুংশিবগী হৌনবকপা, অপাম্বা ইহৌবু, ঐখোযনা মথোই কাহল্লমই। সিঙ্গাপুববু অচৌবা হীথাংফম ওম্ভোবকপা, সিংহলদা লৈবা কিনেকোমালী হীথাংফম শেমগৎ-শাগৎলকপা অদুমক লাঞ্জাও অমা নকশিল্লকলে হায়দুনা তৌফম থোকপা তযাবি তৌবগী খুদম ওইনা উনবমই; লাঞ্জাও অদুদা বৃটেয়া মশাক্কী নিংথৌপাবগী ফীবম কনখৎহন্নবা অমদি মবা চেৎশিন্নবা হোৎনননিংলমই; কসিয়া অমসুং নোংপোক মাইকৈদা মবৈবাক মজাত্তি নুংশিবগী হৌবকপা অকনবা ইহৌবু মকাফংনা তকখার্যনিংলমই।

খ্বাইনা খন্নবিবা বাখল অসিনা য়ুম্ফম ওইদুনা, ১৯২৭ তা নেশনেল কঙ্গ্রেসনা মাগী ফোবেন পোলিসিবু পাকথোক চাওথোক্কবা শীনবা হৌখি। নিংথৌ পানবা লৈবাক্কী লাঞ্জাওদা ভাবতনা পার্টি অমা ওইনা শকক য়াদুনা যাওবা ঙল্লোই হাযনা লাওথোকখি অদুগা ভাবত্তা লৈবিবা প্রজা মীয়ামগী অয়াবা মপুক্কিংগী অবেপ্পা অমা খংদনা থোকপা অমা তৌদুনা ভাবতপু লান যাওহনবা যাবোই হাযনসু লাওথোকখি। মথং চহি কয়াদা লাওথোকলিবা অদুমক হন্না হন্না লাওথোকখি অদুগা লাওথোকখিবা অদুগী মতুংইন্না, মফমশিনবা থুংনা, প্রোপেগণ্ডা তৌখি। মদুমক কঙ্গ্রেস-পোলিসিগী য়ুম্ফম অমা ওইখি; হাযবিবা পোলিসি অদুমক ভাবতকী পোলিসি ওইনা লৌনখি। ভাবত্তা লৈবা কনাগুম্বা মীওই অমতনা নত্রগা কাংলুপ অমতনা মদুবু য্যানংদবা তৌখিদে।

মতম অদুদা ইউরোপতা অহোংবা কয়া লাকখি; হিটলাব অমসুং নাজিজম ফাওগৎলকখি। লাকলিবা অহোংবদুগী মাযোক্তা যাম্না থুনা কঙ্গ্রেসনা থবক পাযখৎখি; হিটলাব অমসুং মহাক্কী থাজবনা, কঙ্গ্রেসনা মায়য়োক্লবিবা মুখৎকদৌবগী হোৎনবিবা, নিংথৌ পানবা অমদি কাংলুপ নাযববু থোযনা হেন্না মপাঙ্গল কলশিনহনখি লোয়ননা মনুংথৎনা শৌগৎখি। চীনাবু নুংশিকবনা, মানঞ্চুরিয়াদা লান্দাদুনা কয়া য়ানিংদবা উৎখি। আবিসসিনিয়া, সেপন, জেকোস্লোভাকিয়া, ম্যুনিক অমসুং চীনা-জপানগী লান্না য়ানিংদবগী ৱাখল কনখৎহনখি লোযননা য়াম্না থুনা লাঞ্জাও থোক্লবা লন্থী য়ানখি।

হিটলাবনা, মতম অমা ফনা, ফাওগৎলক্লিঙৈ মমাংদা থোকখিবা লানগা থোকলক্কদৌবিবা লানগা খেৎনবগুম তৌবমই। বৃটিশ-পোলিসিদি মতম পুম্বদা ফেসিজম অমসুং নাজিজমবু য়ানিংলমদে; অহিং অমদা মখোয়গী পোলিসি হোংদুনা মপুংফাবা নিংতম্বা অমদি ডেমোক্রেসিবু হেক্তা য়াগনি হাযবসি থাজনিংঙাই ওইদে। অতৈ চাওখৎলকপা কয়া'মা লৈদুনসু নিংথৌ পানবা লৈবাক অমগী ওইবা মিৎয়েং অমসুং অপাম্বদু মহাক্কী সম্রাজদা লেংদনা অদুম লৈহল্লিংলমই; হায়বিবা অসিমক কসিয়াগী ওইবকইবা ফীবম অমসুং কসিয়ামক্কা ওন্ন-তৈনবনি। হিটলাববু পেলহনগে হায়না নিংলবমক্তদা, হান্নগী লৈবকইবা বেলান্স ওপ পৱাব (লৈবাক কয়াগা লৈনবকইবা শক্তিগী চাং) অদু মথক মখা ওন্থোক্লুনা বৃটিশ বাজ্যগী ইউরোপ্তা মহাক্কা অপুনবা শক্তি পায়শিল্লকপসি নোংম নোংমগী লেপ্তুনা চথবকখি। ইংলণ্ড অমসুং জর্ম্মন লৈবাক অনিগী মবক্তা লাঞ্জাও থোনকপা য়ানা লৈবে; মসিনা শোযদনা থোবকলবদা ঐখোয়গী পোলিসি কবম তৌবা তাবগে? ঐখোয়গী পোলিসিবু অনি থোক্লা পুগদবগী লাকনবিবা লম অনিসি কবম্না পুনশিনহনবা তাবিবগে; অনি অসি অমনা বৃটিশ ইম্পেরেলিযমগী মাযোক্তনি অতোপ্পা অমনা ফেসিজম অমসুং নাজিজমগী মায়োক্তনি। ঐখোয়গী নেশনেলিজম অমসুং ইন্টরনেশনেলিজমবু পরেং অমতা ওইনা ঐখোযনা পুনসিন্না কবম্না পুনশিনহনবা তাবগে? চৌজিকমক ওইবিবা ফাবম অসি যেংলুববদি মসি কাবক লুববা ৱাফর্মান, ঐখোযদসু লুবিবনি, অদুবু প্রজানা পামজবিবা অদুবু মখোয়না থাজবা গাবিদুনা মখোযগী ইম্পেরেলিজমগী পোলিসি থাদোক্লে হাযদুনা খোংফম অমতং বৃটিশ সবকাবনা ঐখোযদা উৎপাবববদি মসি থোয়না লুবা বাফম ওইবোই।

নেশনেলিজম অমসুং ইন্টবনেশনেলিজম অনিগী ৱাফমদা যেৎনবকলবদি নেশলিজমনা মশানা ঙমফম থোকই। যেৎনবকপা খুদিংদা লৈবাক খুদিংদা মসি থোকইবনি, মীবৈবাক মচাগী মথুক্তা তাববা লৈবাক্তা মতম শাংনা খৎনদুনা অৱা অনং শাংনা নংদুনা লৈবকপগী নুংঙাইববা ৱাখলনা ফুম্বংনববদা মদুগী ফল ওইনা মসুম্না হেক হেক থোকলকপসি মশানা শোয়দ্রবনি, চেনবা যাদ্রবনি। বিপব্লিকান স্পেনবু ইংলণ্ড অমসুং ফ্রান্সনা মবান শীবমই, জেকোস্লোভেকিযাবুনা লান্না লমজিংলমই, মসুম্না মখোযগী জাতিগী ওইজবতা যেংদুনা ইন্টবনেশলিজমবু মখোয়না লান্না লৌবি; মখোযনা তৌবিবসি লাল্লে হাযবসিমক থোকখিবা থৌদোক্লা শাক্ষিনি। ইংলণ্ড, ফ্রান্স অমসুং চীনাবু মীনুংশিগী মিৎযেংনা শেনা যেংলবসু, নাজিজম অমসুং জপানগী মিলিটবিজম (লাম্নীগী থৌশিন) অমসুং লাঞ্জংগী কৈদাবু তুক্লচববসু, ইউনাইটেড ষ্টেটস ওফ আর্মেবিকানা মতোমতা নাযতোম তাবা পামলমই। কবোংচাক য়ুংনা মখোযবু লান্নুংদা লপশিনবদ প্যাবল হাবক্কাবননি। ইন্টবনেশলিজমগী অশেংবা শক্তম ওইনা লৈববা সোভিযেৎ কসিযানা মহাক্কী মজাতিগী ওইনবা পোলিসিবু চেৎশিন্না ঙাকলি। মসিনা মাগী মরুপ অমদি মাবু নুংশিজবা লৈবাক কযাদা চম্মন্নবা পোকহলাল। ইখং শংহৌদনা, লাওথোক্তনা জর্ম্মন লাম্নীনা লান্দাবকপনা ইউঃ এসঃ এসঃ আববু লান তৌহল্লমই। স্কানডিনেভিয়াগী লৈবাকশিং, অমদি হোলন্দ অমসুং বেলজিযমনা লান যাওদনবা কন্না হোৎনবম্মী; মখোয় মশাবু কঞ্জনবা অবেম্বদা ৱাখল তৌববু তৌদনবা হোৎনবম্মী; অদুম অদুম ওইনমক, মখোযনা ৱাখলতা পংখন খঞ্জদুনা মকোক ঙাওহল্লমই। মজাতিগী ওইবা ৱাখলদা মকওইনা লুপ্তুনা লৈবনা অমদসু অমদসু যাওদবগী পাববা ঙমখৈ ৱাংমদা মথোং মবম ইখং খংদনা চতি মঙা লৈবমই। মশানা মনিং মখা তম্না লৈজবা যাববা ইজিপ্তা মতেক খবসু মীখা পোম্দুনা লৈবা লৈবাক অমা ওইবনা, লানফম অমা ওইনা লৈবনা, মথোং মবম খংদনা নৌফম শংদবা ফীব্মদা লৈবমই। চাওবাক্লা লান হৌগনবা লৈবাক নত্রবসু, থবক ওইনা শীজিন্ননিংবা মওংদা শীজিন্নবা যাবা মফম চাবা লৈবাক ওইবনা ইউনাইটেড ষ্টেটকী লাম্নীশিংগী মখাদা লানহৌগল্লবা লৈবাক অমা ওইনা ইজিপ্তা লৈবা তাখি।

তোঙান তোঙানবা সাসন অমসুং তোঙান তোঙানবা লৈবাক্কী পোলিসি অচুম্বা অমসুং অরানবগী ঙাকপীবা লৈবা য়াই। প্রজাগী অয়াবা তয়ারি অমদি অপুনবগী কান্নবা নত্তনা ডেমোক্রেসিনা তরাই তরাইনা লানফমদা হেক্ত চোংশিনবা ঙমদে। লৈবাক ঙাকলিবা অঙম্বগী য়াথং ঙাক্লা চৎলিবা প্রজাগী ষ্টেট ফাওবা মরমচানা হায়্যনা শেম শাবা তাবনি। অদুম্নদি ওইরগা, মরমচাববু ওইরবসু নত্রগা অচুম্ববু ওইরবসু, য়ানদবা অমা থোরকপা মতমদা জাত্তিগী ওইনা খন্নবা নত্রগা মওং অসিদা কুপ্না খন্নবসিনা পুম্নমক্কী মকোক থোংবা ওইরকই, অদুগা মসিগা চান্নদবা অতৈ শরুক পুম্বদি থাদোকপা তোকপা তাবনি হায়বসি চুন্নবা ৱাফমনি। ম্যুনিক্তা য়ানদবা থোরকপদা, ইউরোপতা লৈবা ইন্টরনেশনেল ওর্গেনাইজেসন কয়ানা অমদি এন্টি ফেসিস লীগ কয়ানা মচিন-মরৈ খৎপা থোক্তমখৈ ফুম্বংননা লৈরমই; লোয়ননা মপাঙ্গল থোক্তে, তৌরুবা থবক পুম্বা মপুং মরৈ ফাদে, ফল তাদে; মসিমক খ্বাইগীগা মান্নদবা তোপ-তোপ্পা মওং অমনি। লনাই তাবা মীওই অমদি অপীকপা কাংলুপনা ইন্টর্নেশনেলগী ওইবা পুকচেল চেনবা য়াই; লোয়ননা মীয়ামগীদমক্তা মশা মশা কথোক্লবা অমসুং জাত্তি ওইরিবা, খুদক্তা ফংগদবা কান্নবগীদমক শেমশাবদি য়াই; অদুম্নদি ওইরগা জাত্তি কয়াগী মফমদদি মসি ওইথোক্তবনি। মীওইবগী থৌনাগী ইহৌ হৌহনবা জাত্তিগী ৱাখলগা ইন্টরনেশনেলগী ওইবা ৱাখলগা অনি পুন্না লিচিং অমতদা চৎপবু থাজরবতদা মসি ওই। থা খরগী মমাংদা, বৃটিশ ফোরেন পোলিসি খন্নরকপদা লণ্ডনগী ইকোনোমিষ্ট অমনা ইরমই, "অয়াম্বনা চপ মান্ননা তান্ননিংবগী আশা লৈরবা ফোরেন পোলিসিতনা জাত্তিগী ওইবা কান্নববু শেংনা অমদি মপুং ফানা ঙাকশেনবা ঙমই। মশাগী য়েংদনা নত্রগা মশাগী কান্নবা ফংদ্রিঁঙেদা জাত্তি অমতনা ইন্টরনেশনেল কাংবুগী ফনবা খনবা নস্তে। অদুম্নদি ওইরগা, ওইবা য়াবা ফীবমদা ইন্টরনেশনেলিজম পুরকপা য়ানবা, জাত্তি অনিনা পুনশিন্নবা উরবতা মসি ওই।"

মশানা মনিং মখা তন্নবা লৈবাকতদা তশেংনা ইন্টরনেশনেলিজম চাওখহনবা ঙমই; অদুগা মীরৈবাকক্কী শাসন মখা থানা লৈবা লৈবাক্কী ৱাখল অমসুং মপাঙ্গলসি মশাগী নিংতম্বা ফংনবা হোৎনবদা চিংশিল্লি। নিংতম্বা ফগৎহনবদা অথিংবা পীবদা নত্তনা নুংঙাইতবা ৱাখল পোকহনবা, ৱাখল খলহনবা, থবক তৌবদা পুক্লিং চংহন্দবা, হকচাং মনুংদা লেপ্পা লৈতনা হেনগৎলকপা লাইরেন-শক্তিক্তা পাংখকনি। খৎনবগী লোয়বা লৈতে; অসুম্না খৎনবসিনা মতম চুপ্পদা ৱাখল পুম্বা চিংশিনখিবনা অতৈ চাওখৎ থৌরাংদা, পুকনিং চংবা ঙমদে। মতম চানা খৎনবকপা অমসুং অৱাব নংলকপগী ইতিহাসনা, মীপুম খুদিংগী অমসুং জাত্তিগী ৱাখলগী তৎন থানবা লৈত্রবা লোয়নবা ওই। হৌরকফম মরূ ফুক্তোক্তুনা করিগুম্বা অমতা তৌবা ঙমদ্রবা, ভূতনা নৈহৎলবা, মশাগী অপাম্বা, মীপান তাংদনা নিংবা থুংবা ঙমদবা ওই। মসি য়ৌনা ৱারবা তুংদা মীখা থানা লৈবগী ৱাখল লৈরক্তুবা ফাওবদা মথক্তা হায়খ্রিবশিং অসি পাক হেক ফহনবা ঙমদে; হকচাং ফগৎহনবদি লায়রদুনা পুকনিংগী অৱাবা নুংঙাইতবদুমক্তা কোকহনবা মতম শাংনা চংই।

হায়রিবা অৱা-অনং অসি, মতম শাংনা ঐখোয়না ভারত্তা নংলকলবনি; অদুবু নিংহন্নবা অৱাগী চাং হহুহন্দুনা, জাত্তিগী ইহৌদা গান্ধিনা অহোংবা অমা পুরকখি। অসিগুম্বা ৱাখল অসি, মতম শাংনা লেপ্তুনা চথরকখি; অদুবু তুক্কচ্চবা য়েংথিনবা লৈতবা, জাত্তি অসিগী ইহৌগা মান্নবা, অতৈ অমা ঐহাক উরক্তি। মহাত্মা গান্ধি তশেংনা মরৈবাক নিংবা মী অমনি; মহাক্তি ভারতকীদা খনবা নত্তনা পৃথিবী অপুম্বগী খনবা মীনি; পৃথিবী পুম্বগী শান্তি, মহাক্লা থম্মোই শেংনা পামজরম্মী। মরমসিনা মহাক্কী নেশনেলিজমদি, পৃথিবী অপুম্বগীনি, অদুগা মাগী নেশনেলিজম অসি পুরক্লবা লাক্লবদা, হিংশাগী করিগুম্বা ৱাখল মচেৎ অমতা য়াওদে। ভারতকী নিংতম্ববু আশা তৌনা-তৌনা, পৃথিবীগী লৈবাক পুম্বসি ফনা য়াম্না লাপ্পরবসু অমগা অমগা মরী লৈননা ফেদরেসন অমমম ওইহনজনিংবনা, মানা নিংজবগী অরোয়বা পুন্থুংফম ওইনা, মহাক্লা থাজজরমই। মহাক্লা হায়রমই, "ঐহাক্লা খঞ্জবা নেশনেলিজমদি, ঐগী লৈবাক্লা নিংতম্বা লৈবাক অমা ওইবনি অদুম্নদি ওইরগা মীওইবা জাত্তিনা হিংবা য়ানবগীদমক, দরকারবু লৈরবদি ঐগী লৈবাক্লা তন্নবসু য়াই। জাত্তি মশেন অমগা অমগা নুংশিনদনবগী মরম মতাংসিদা করিগুম্বা অমতা লৈতে। মসিনা ঐখোয়গী নেশনেলিজম ওইবা ওইসনু।" অদুগা অমুকসু অসুম্না হায়রমই, "পৃথিবী অপুম্বগী ওইনা ঐহাক্লা খনবা পামই। মীওইবা জাত্তি পুম্বগী সাধারণ ওইনা নুংঙাই য়াইফবা পুরকপনা, ঐহাক্কী পেত্রিওটিজমনি। মরম অসিনা ভারতকীদমক ঐহাক্লা তৌজবা, হোৎনজবা, ঐহাক্কী থৌদাংদা,

মীওইবা পুম্নগীদমক্তা তৌফম থোকপা থৌদাং য়াওরবনি। . . . নাইতোম তাবা নিংতম্বনা, পৃথিবীদা লৈবিবা ষ্টেট পুম্নগী পম্থুংফম ওইদে। অমগা অমগা মবী লৈননা নিংতম্বনা মশানা তাবা পম্থুংফম ওইগনি। হেন্না ফবে নিংনবিবা, পৃথিবীগী ৱাখলনা ঙসি পাম্নবিবদি, জাত্তি পুম্নগী মপুং ফানা নিংতম্বা নত্তে; অমগা অমগা মাইওনশিন্নদুনা লান শোক্রবনি; তৌইগুম্বসুং হেন্না ফবা পল্লেপফম ওইবদি অমগা অমগা চান্ন চিন্নন ফেডবেসন শেম্বা লোয়ননা পুন্নমক অমগা অমগা মবী লৈননা, নিংতম্মা পানমিন্নবনি। মসিমক ওইগদবদি, য়াম্না ৱাৎলি। ঐখোয়গী লৈবাক্কীদমক, ঐহাক্না য়াম্না কন্না দাবী তৌনিংদে। নিংতম্বগী মহুত্তা (ঐখোযগী লৈবাক্তনা নিংতম্বগী মহুত্তা) পৃথিবী পুম্না অমগা অমগা মবী লৈননা চান্ন চিন্ননা লৈনবগীদমক ঐখোযনা তয়াবীদা কবিমতা ঐহাক্না উদে। নিংতম্ববু (নিংতম্বা ফংনবা) দাবী তৌবা লৈতনা, মশানা মপুংফাবা নিংতম্বা পুবকনবা, অঙম্বা শক্তিবু ঐহাক্না পামই।”

থাজবগা লোযননা, মপাঙ্গল থোক্লা, মজাত্তি মবৈবাক নুংশিবা কাংবুনা, হৌবকলবদা, মীয়াম প্রজা পুম্বনা ভাবতপু মীখা থানা লৈতনবা খন্নবকখি। লোয়ননা মহাক্না (বাবতনা) পামইবনা কবিনো, তৌনিংলিবনা কবিনো, অতৈ লৈবাকশিংগা মহাক্না লৈনগদৌবিবা মবীনা কবিনো হাযনা খন্নবকখি। লম পাকচাওবা, মশা মতোমতা লেপচবা ঙম্নগী মপাঙ্গল, অমসুং লৈবাক অসিগী মশাগী লৈজবা খনি, অমসুং পোথোক পুন্নমক অসিনা, মখোযবু চাওথোক্না খঙহনবা ঙমলমই। লৈবাক অতৈদা নত্রগা অতৈ জাত্তি অমদা নপচ তাংজদুনা ভাবতনা লৈগদবা নত্তবনা, এশিয়া অমদি পৃথিবীদা, ভাবতনা অতৈ লৈবাক্কা মকওইনা খেৎনবমই (মান্নদে)। মসিনা ভাবতপু মপুংফাবা নিংতমহন্নাংবগী ৱাখল মশানা পোকহঞ্জে লোযননা ইংলণ্ড অমসুং মহাক্কী সম্রাজদগী খাযদোক্কুনা, পুনশিন্দুনা লৈববু থদৎনিংবা ৱাখল পোকহল্ল। ডোমিনিযন ওইদুনা, মপুংফাবা নিংতম্ববু তানবদা, মঙম শাম্না, লমখৈ খুজিলহল্ল, লোযননা মপুংফাবা চাওখৎহনবদা, অপনবা ওই। ডোমিনিযন অমা ওইবগী মকমদা লৈবা, মপী ওইবা লৈবাক অমগী ৱাখল অদু, মাগী মখাদা (মনুংদা) লৈবা লৈবাক মচা কযামকমগা নকশিন্না মবী লৈনৈ, অদুগা হায়বিবা লৈবাক মচাশিং অদুগী চপ মান্নবা অমতা ওইবা কলচবগী যুম্ফম অদুমক, ভাবতকীদি ওইদে। মসিনা তাকপদি পামলিবা ইন্টবনেশনেল কো ওপবেসনগী হেন্না পাক শন্না শন্দোকপদি শোগদ্রবনি, অদুন্নদি ওইবগা সম্রাজ হাযবদি কমনওয়েল্থকী মনুংচন্না লৈবিবা লৈবাকশিংগা মপান্দা লৈবিবা লৈবাকশিংগা লৈনবিবা কোওপবেসনদি থোযনা হেন্না ৱাৎলি। মবমসিনা পনখৈ নাযবা, মতাং অমা লাকই, মতুংদা ওইবক্কদবগীদমক হন্না ৱাশক থোকপনা, ঐখোযগী অনিংবা ৱাখলনা হাযবিবা ঙমখৈ অসি লাম্থোকপা তাবনি, লোয়ননা পাক্না শন্না কোওপবেশন লৈহন্নবা যেংবা তাবনি। অদুগা চীনা, অফগানিস্থান, ইবান মসুং সোভিযেৎ ইযুনিয়ন্নাচিংবা নোংপোক অমসুং নোংচুপ্তা লৈবা ঐখোয়গা যুমলোননবা লৈবাকশিংগা নক্লবা মবী থন্নবা, মকওইনা, ঐখোয়না খল্লমই। লাপ্পা তাম্না লৈপ্রবা আমেবিকা ফাওবগা, নক্লবা মবী থন্না ঐখোযনা পামই, মবমদি অমেবিকা অমদি সোভিযেৎ ইউনিযন্দগী ঐখোযনা তম্বা য়াবা কোংগাই লৈ। ইংলণ্ডদগী, হেন্না তমানংলম্বা ঐখোযগী ৱাখল অদু হৌজিক চোকথবকপা ফাওবকলে, যানবা অমগী মখাদা, য়াম্না নুংঙাইতনা ঐখোয়বু ফাজন পুনশিন্দুনা থমইবা অসি থদৎলবা তু দা লৈবাক অম অমগা মবী লৈনবতনা ঐখোযগী কান্নবা পুবকপা ঙমগনি।

বৃটিশকী ডোমিনিযব অমসুং কোলোনিগী শকক অযাম্বদা, কাংলুপ কাংপুপকী খেৎনবা মান্নদবা হেনগৎহনবা, লোযননা ভাবত মচাদা মখোযনা চৎলিবা শাজৎ অসিমক্লা, কাংলুপ অসদগী (বৃটিশ ডোমিনিযন্দগী) তোপায তানা লৈনিংবগী কল্লবা ইথিন অমা পুবকই। মকওইনা, খা আফ্রিকাবু ঙহাক লৈতনা শাওহল্লি, নুংঙাইহন্দে, আফ্রিকাগী নোংপোক থংবা শকক, অমসুং কোনিয়াবু বৃটিশ কোলোনিগী পোলিসি মখাদা থমলি। য়াম্না ঙক্লা থোকপা অমনা, লনাই ওইনা কানাডা, আষ্ট্রিলিয়া অমসুং নিউ জিয়ালেন্দা লৈবা মীশিংগা ঐখোয়গা য়াম্না নিংথনা লোয়নবি, মখোযদি বৃটিশ সম্রাজগী মবনাইতগী ওইজবা থীবা পোলিসি অমসুং মখোযনা চুমই হাযনা হন্না খন্দোকপদগী নাম্থোক্কুনা লৈ।

ভাবতকী নিংতম্বগী মতাংদা, ঐখোযনা হাযবিবসি কনামতা তিন্নদনা, তোপ্পা তোঙাম্না লৈগে হায়বগী ৱাফম নত্তে। অতৈ লৈবাকশিংদগী হেন্না ঐখোযনা খংই মদুদি থায়নগী ওইবা মওংদা মপুংফানা জাত্তিগী নিংতম্বদি পাপকী

মশকনি; হৌজিক্তি পৃথিবী পুমবা মরী লৈনবগী অনৌবা যুগ লাকলবনি। মরম অসিনা, জাত্তি পুম্নমক্কী ওইনা লৈনরিবা চৎনবীগী (সিমানা) ভর্মখৈ মনুংদা অতৈ জাত্তি কয়াগা মান্নবা নিংতম্বগী লমখৈবু ঐখোয়না অখাকপা লৈতনা য়াই হায়বসি কয়ারক হন্না ঐখোয়না শেংদোকপ্রবনি। হায়রিবা চৎনবীগী ভর্মখৈ অসি পৃথিবী পুমবা কোনগদবনি নত্রগা হেক য়াবর্মখৈ চাওনা শন্দোকহনগদবনি নত্রগা অপুনবগী ওইগদবনি। হেন্না চাওবা চৎনবীগী ভর্মখৈনুংদা শরুক মচেৎ অমা ওইনা বৃটিশনা লৈববসু হায়বিবা চৎনরিবা রাখল অসি বৃটিশ কনমওয়েল্থকীগদি চান্নদে।

ইজাত্তিবু শেংনা পান্না নুংশিজরবা ফাওবদা, জাত্তি পুম্নমক্কী ওইবা রাখলগী ইহৌ অমা কন্না ঐখোয়দা পোকইবা অসিমক কয়াদা শুরুনিংঙাই ওইরিবনো। মীখা পোন্দুনা লৈবা লৈবাক্কী মবৈবাক নুংশিবা (নেশনেলিষ্ট) মীওই অমতদা অসিগুম্বা রাখলগা নকশিন্নফাওবা খনখিদ্রি; অসিগুম্বা লৈবাক্কী সাধাবন ওইনা খন্নবা হায়ববু জাত্তিপুম্বগী লৈনবিবা তৌফম থোকপা অদু য়ানবতনি। বিপব্লিকপু পামজবা স্পেন, অমসুং চীনা, আবিসিনিয়া অমসুং যুগোস্লেভাকিয়াগা ঐখোয়না মবী অমা থম্ববু য়ানিংদবা মীওই কয়া অমসু ভারত্তা লৈতবা নত্তে। ইটালি, জর্ম্মন অমসুং জাপানগুম্বা শক্তি লৈববা লৈবাকশিংনা কবি মবমগী অমগা অমগা য়েংথিনবিবনো মখোয়না হায়, বৃটেনগী য়েক্লবা খুদিংমক মকপ অমগুম খনগদবনি; সক্তিতবু পান্বা খুদোংচাবতবু ভায়বা অমসুং শীজিন্নবা বাজনিতিগী মনুংদা ফীদম্নফম ওইবগী মফম মচেৎ অমতা য়াওদে। কঙ্গ্রেসকী থবক্লা প্রজা পুম্বা মিকপ থোকহনবদা খল্লিবা রাখল অমদি চেল্লিবা পুকচেন্না, হায়বিবা য়ানিংদবা অয়েৎপা মীওইশিং অসিবু মকোক ঙাওহল্লমই; মখোয়না হায়রিবা অদুবু কনামতনা য়ানিংলমদে, লৌবমদে। মুসলীম লীগতি মতম পুম্বদা শিংনা তুমিন্না লৈবমই; ইন্টবনেশনেলগী রাফমদা মশাগী ওইবা রাফম অমতা কাংথোকলমদে।

১৯৩৮ দা দবকাব ওইবা পোৎচৈ হিদাক লাংথক্কা লোয়নননা ডাক্তব কয়ামকম্না শাবা ডাক্তব কাংবু অমা কঙ্গ্রেসনা চীনাদা থাবমই। চৎখ্রিবা কাংবু অদুনা চহি কয়ামকম চুপ্পা মফমদুদা অফবা থবক কয়া তৌবমই। অসুম্না শীনবা মতম অদুদা, সুভাসচন্দ্র বোসনা কঙ্গ্রেসকী প্রসিডেন্ট ওইবমই। জপানগী নত্রগা জর্ম্মনগী নত্রগা ইটালিগী মায়োক্তা কঙ্গ্রেসনা লৌখৎলকপা থবক অমা নত্রগা কয়া মা পায়খৎলকপদা, মহাক্লা মায়োক য়াবা অর্মদি যানিংদবা তৌবমদে; মদুমক কঙ্গ্রেসকী অমদি লৈবাক সিগী পামজবা রাখল ওইবমই। ঐখোয়না রাবেপ কয়া তাখি; থবক ওইনা কযা অমা উৎখি; হায়বিবশিং অসি মহাক্লা প্রসিডেন্ট ওইববা মতমদা মহাক্লা য়াখিদে, অদুবু মুক্লবা তৌদনা ময়ামদা মহাক্লা হেক হেক য়াখি; মবমদি তৌবিবশিং অদুগী মকমদা খ্বাইনা নিংনরিবা পাম্নবিবগী পাঙ্গল শক্তি অদুবু মহাক্লা মুন্না খংলমই। লৈবাক অসিগী মনুং অমসুং মপানগী রাফম কয়া কঙ্গ্রেস কাবি কমিটিদা খন্নবদা মহাক্লা অতৈ মীওই কয়াগা য়ানদবা, থীনা মত খেৎনবা অমা থোকখি; মদুনা মবম ওইদুনা ১৯৩১ দা কঙ্গ্রেস অসি কায়বা তাখি। মপান থোক্লা (মীমাং থোক্লা) মহাক্লা কঙ্গ্রেস পোলিসিবু হুনখি; ১৯৩৯ গী আগষ্ট থাদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা ডিসিপ্লিনাবী, এক্সন, কঙ্গ্রেস কার্য্যকাবী কমিটিনা কঙ্গ্রেসকী প্রসিডেন্ট ওইবম্বশিংগী মবক্তা অমা ওইবিবা মহাক্কী মথক্তা লৌখৎখি।

## মাপলগুবা পন্দুপ

## অনিশুবা তাংকক

# লাঞ্জাও তম্মা কঙ্গ্রেসনা চংশিল্লকপা

লানগা মরী লৈননা, কঙ্গ্রেসনা অনিথোকপা পোলিসি অমা শেমদুনা, ইতত্তত্তনা হন্না হন্না হায়রমই। অমরোমদা ফেসিজম, নাজিজম অমসুং জাপানগী লাঞ্জং অমসুং লাল্লোংবু মায়োক য়ারমই; মাইবোং য়ারিবসিগী মরমদি মখোয়গী মনুংগী পোলিসি অমদি অতৈ লৈবাক্তা লান্দাকবা মরমননি; লান্দারকপদা অৱাবা তারবা কাংবুগী মফমদসু মীনুংশি উৎলমই; লান য়াওশিনগে নত্রগা লানহৌবকপা থিংনবা হোৎনগে হায়নসু নিংলমই। অমবোমদা ভারতকী নিংতম্মা ফংনবা কন্না হোৎনবমই; মদুনা ঐখোযগী মরুওইবা আশানি; মসিগীদমক্তনি ঐখোয়না ঙমইবমখৈ অদুম্মক লেপতনা পোথাদনা নোমইবসু, মসিগীদমক্তসু লাঞ্জাও অমা থোকপা য়ানসু লৈরমই। ভারতনা নিংতমলবতদা, অসিগুম্মা লাঞ্জাওদা য়াওবা তাবনি; অদুগা ভারতনা নিংতমলগতদা হান্নদগী বৃটেনগা মরী লৈনরকলবা খারবা সব্ত অদুবু ঐখোয়না লাকশিনবা ঙমগনি; লোয়ননা ঐখোযগী লাম্বেংনবকইবা অসিগী মায়োক্তা ইম্পেবিয়েললিজমবু শৌগৎনবা খুৎশম্নকবনা ঐখোযগী করিমতা কান্নবা লৈতে, অবেম্মনি, ওইথোক্তবনি। ঐখোয়গী মীবু থৈদোকপদি ঐখোয়গী শক্তি ৱাংমদা লৈম্রবনি; মদুনা ফত্তববু খর মখৈ মযেং তাহনগনি হায়না পৌনা খনবা ঐখোয়গী মরক্তগী মী খবতনা শল্লমই। নিংতম্মতনা মীয়ামগী মপাঙ্গল ফুদোকহনগনি, ফত্তবা শুংশিনদববু মীয়ামগী লৈবাক্কী কান্ননবগীদমক আকনবা নিংহন্নদবা থৌনা ওইহনগনি। অতৈ অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে।

ভাবতকী প্রজা নত্রগা প্রজাগী মীহুৎকী অয়াবা যাওদনা ভারত মচাবু লান্দা থাজিল্লোইদবনি হায়না কঙ্গ্রেসনা মকওইনা তকশিল্লমই। তোঙান তোঙানবা কাংলুপ অমদি পার্টি য়াওরবা সেন্ট্রেল লেজিসলেটিভ এসেমব্লিনা হায়রিবা ৱাফম অসিবু শৌগৎলমই। ইম্পেরিয়েলিষ্‌চকী কান্ননবগীদমক্তা খুৎলাই পায়বা ঐখোয়গী লাম্মীবু মপান্দা মীরৈবাক্তা থাবা, ঐখোয়গা কদৌনুংদা খৎনখিদ্রিবা কাংবুবু মাইথীবা পীনবা অমদি নমথনবা নত্রগা মরৈবাক্কী নিংতম্মা ফংননবা হোৎনজবা ঐখোয়না নুংশিজবা লৈবাক্কী মায়োক্তা, ঐখোয়গী লাম্মী থাবসি ভারত্তা লৈবা প্রজা ঐখোয়গী মতম শাংনদগী হৌনা পেন্নরক্তবনি। বর্ম্মা, চীনা, ইরান, মিডল ইষ্ট অমসুং আফ্রিকাগী লৈবাক কয়াদা মথক্তা হার্যরিবা মরমশিং অসিগীদমক্তা ভারতকী লাম্মীবু অৱাইবা লাম্মীগুম থাই। থারিবা লাম্মীশিং অসিবু বৃটিশ ইম্পেরিয়েলিজমগী শক্তম ঙাকপা ওইহল্লমই, লৈবাকশিং অদুগী মীয়ামগা ভারতকা য়েংথিনহল্লি। ইজিপতা লৈবা মী অমনা হায়খিবা, অর্থীবা, মীচৈ ঐহাক্তা নিংশিংই, "নখোয়না নখোয়গী নিংতম্মা মাংহঞ্জবতা নত্তনা অতৈবুসু মীনাই ওইহন্নবা নখোয়না বৃটিশপু মতেং পাংলি।"

অনিথোকপা পোলিসিগী শরুক অনি অদু অমগা অমগা মশানা চানদে; শরুক অনি অদুদা মশানা তাইওন্নজবা মতাং কয়া'মা য়াওরি। তাইওন্নরিবা অসি ঐখোয়না শেম্না নত্তে, মতমদুদা ওইবা মতাংদগী মশানা ওইজরকপনি; মতমদুদা ওইরক ওইরকপা ফীবমগী মতাং অদু পোলিসি অদুদা মমি তারমই। ফেসিজম, নাজিজম্মু য়ানিংদবা, ইম্পেরিয়েলিজম্মু চেৎশিন্না মরা তানবা হোৎনরকপা মতমদা, অহানবা হায়খিবা অসিনা (ফেসিজম, নাজিজমনা) নুংঙাইনিংঙাই ওইদ্রবা মরানগী পাপতা লুপলমই; মসি অচুম্মনি। খেৎনরিবদি মখল নত্তে, মতম অমসুং অথোয় অহেম্নি। অহানবগীসিনা (ফেসিজম নাজিজম্মা) মতম পুম্মদা ঐখোয়গী থোংজিন্দা, ঐখোয়বু কোইশিন্দুনা লৈরবা, নুংশিৎনা মফম শিনবা থুংনা লৈবগুম মফম অয়াম্মদা শিনবা থুংনা শন্দোক্নুনা লৈম্রবনি। মফম অতৈদা ডিমোক্রেসিগী ফিরান ৱাংনা থাঙ্গৎপগী ওইথোক্তবা, অদুগা ভারত্তা, ঐখোয়দনা য়ানিঙোইদগী ওইথোক্তববু ঐখোয়না কন্না তকশিল্লমই।

ঐখোয়গী অনি লোংবা পোলিসিদা চান্নদবা য়াওরম্মা থোকলবসু, খুৎলায় পায়দুনা ঙাকথোক্লবগী লাঙ্গংদা, নত্রগা লাহৌ থোরকপা থেংনবদা, খুৎলাই পায়রোই লান শোক্লরোই, (নন-ভাইয়োলেন্স শীজিন্নগনি) হায়বগী ৱাফম করিমত্তা য়াওদে।

১৯৩৮ গী কালেম্ছাদা ঐহাক ইংলণ্ড অমসুং ইউরোপতা লৈরমই; ৱা ঙাংবদা, ই-বদা, লনাই ৱারী শানবদা, ঐখোয়গী পোলিসি অসি শন্দোক্লা পল্লমই লোয়ননা থিন্দুনা তাকলমই; মদুদি খুদোংথীবনা হীরম কয়াবু মথোংখংদনা চোয়জাইনহল্লি; নত্রগা হান্না লৈরম্বদু মফম লেংদনা লৈহল্লি। সুডেনলেণ্ডগী থৌদোক্লা অরোয়বা তাংকক য়ৌরবদা, লাঞ্জাও থোকলবদা, ভারতনা কবি তৌবা তাবগে হায়না মপুকনিং লাংতক্লববা জেকশিংনা (জুগোশ্লেভিকিয়াদা লৈবা মীশিংনা) ঐঙোন্দা হংলমই। মমাংঙৈগী নুংঙাইতবা অদু খম্থক্লবদা, লোয়ননা কান্নগদবা মতাং খনবদা, খুদোংথীবনা য়াম্না নকশিল্লকপনা, মখোয়দা অকীবা পোকহনখি। অদুম্নদি ওইরবদা ঐহাক্লা হায়বদুদা, লোয়ননা মরমচাবা অদুবু ঐহাক্লা য়াবদুদা, মখোয়না থাগৎলমই।

ভারতকী লাম্নীবু সমদ্রু ৱাংমদা চাওরাকনা সিঙ্গাপুর অমসুং ময়ায় নোংপোক লমদা থায় হায়বসি ১৯৩৯ গী ময়াই চল্লকপদা খংনবকখি। প্রজাগী মীহুৎশিংদা হায়রমদনা মসি তৌখিবনি হায়দুনা খুদক্তা লাওনরকখি। লাঞ্জাওনা চিশল্লক্লবা মতমদা লাম্নীবু তত্তনা লোয়্না থানৈ হায়বসি খংনরকখি। মীহুৎ ওইবা লুচিংবশিংবু থাজনবা লম্নী কয়া'মা অদু লৈবমই। সেন্ট্রেল এসেমব্লিদা পার্টিগী লুচিংবা কয়া য়াওবমই অদুগা প্রোভিন্স খুদিংদা প্রজা মীয়াম্না খনবা মীওইগী সবকাব লৈরমই। লৈবাক মবা তপ্পা পানবা মতমদা হীবম কয়াদা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টনা প্রোভিন্সকী মন্ত্রীসিংগা তান্নবা তাবনি লোয়ননা থাজবা তাবনি। অদুবু নিয়ম মতুংইন্না নত্রগা মমিংত ওইনা প্রজা মীযমগী মীহুৎশিংবু সন্মান তৌবীদে লোয়ননা জাত্তিগী অপাম্ববু থৌশাবীদে। লাঞ্জাওগী অথুবা লাকপা মতমদা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টতা শক্তি পুম্না পুনশিন্নবা প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্টনা চলায়বিবা গভর্নমেন্ট ওফ ইণ্ডিযা এক্ট ১৯৩৫ শেমদোক শেমজিন তৌনবা বৃটিশ পার্লিযামেন্ট খংনা লৌবা য়াবা থবক লৌখৎখ্রবনি। চৎনবী অমা ওইনা, ডিমোক্রেসি চৎপা লৈবাক অমদা, মবী লৈনবা পার্টিশিংগী অযাবা লৌববদি মদু মশানা তাবা অমদি মরমচাবা লৌখৎফম থোকপা নিয়ম পথাপ ওইগদবনি। মনিং মখা তম্বা ষ্টেটশিং, প্রোভিন্সশিং নত্রগা ফেডরেসন অমগী মনুংদা লৈবা লৈবাক মচাশিংনা মখোয়গী ফংফম থোকপা দাবীগীদমক য়াম্না নুংনাংনৈ লোয়ননা ইমর্জেন্সী অমসুং চিরবা লাঞ্জাওগী মতম ফাওবদা মখোয়গী ফংফম-তৌফম থোকপদু তরাই তবাইনা সেন্ট্রেল সবকাবদা লাম্ছোর্কানিংদে। মসিগী মতাংদা ইউঃ এসঃ এঃ দা তোয়না থৌবী চিংনবি; ঐহাক্লা ইবগুমদুনা, ষ্টেট কয়াগী ওইজবা থাদোক্তুনা কমনওয়েল্টকী শক্তি হেনগৎনবা হায়রকপদু ইষ্ট্রেলিয়াদা প্রজা মীহুৎশিংনা য়াখিদে; হায়বিবা অসিগীদা নত্তনা লানগী মতমদফাওবা য়াখিদে। অদুগা ইউঃ এসঃ এঃ অমসুং অষ্ট্রেলিয়াদদি মীয়াম প্রজানা খনগতুনা থাগৎপা মীহুৎনা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্ট অমসুং লেজিসলেচের শায় লোয়ননা মদুদা ষ্টেট পুম্নমক্কী মীহুৎশিংসু য়াওই। ভারত্তা লৈবিবা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টতি দায়ী অমতা পুদে, পুবসু য়াবমদে শক্তিদনি মখোয়না পায়শিনবদি, প্রোভিন্সকী প্রজাগী দায়ি অমতা লৌদে অদুগা মীখন্দা কাবকপসু নত্তে। বৃটিশ সরকারগী চুম্না এজেন্টকী থবক তৌজবতনি। মখোয়গী শক্তি হেনগৎহন্নবা প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্ট শেম্বনি; লেজিসলেচরনা, মীয়ামগী মীহুৎনা শেম্বা প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্টপু মপাঙ্গল শোম্থহল্লি লোয়ননা প্রোভিন্সকী প্রজাগী নিংতম্ববু মখোংদা শোয়দৎলি। মসি য়াম্না য়ানিংদে। কঙ্গ্রেস সরকার শেম্বদা য়ানখিবা অদুগা তাইওন্নবনি হায়বা চপ চানা খংনরে; ভারতকী মীয়াম প্রজাগী মীহুত্তা করিমতা হায়রমদনা, মহৌশাগুম্না ভারতকী মথক্তা লান হেক্তা তৌববুসু মসিনা উৎলি।

কঙ্গ্রেস অমসুং সেন্ট্রেল লেজিসলেচরগী খোল্লাওবু, তুক্কচনা লৌগে মতাগুম লৌরিবা, অসিগুম্বা পোলিসিবু কঙ্গ্রেস এক্সিক্যুটিভনা কন্না য়ানিংদবা ফোংদোকলমই। থোনম্বী-থোনম্বা ভারত্তা পংহাপ হাপচিল্লকপবু থিংগদবনি; ভারতকী প্রজানা য়াদনা মতম কয়াগী মতুংদা ওইরক্কদবা, পোলিসি কয়া অমা ভারত্তা চৎহল্লকপদা য়াফম থোক্তে হায়না লাওথোকলমই। অমুক হন্নসু অসুম্না হায়রমই, (১৯৩৯, আগষ্টকী অহানবা শরুক্তা), পৃথিবীগী খৎন-চৈনবনা থাক

হেনগৎলকলবদা ৱার্কিং কমিটিনা মপুংফানা মীনুংশি উৎলি; ইউৰোপ আফ্রিকা অমদি এশিয়া লাপ্পবা নোংপোক লমদমদা ফেসিসনা লান্দাবকপবু হন্না হন্া কঙ্গ্রেসনা নিন্দা তৌই লোয়ননা জুগোস্লোবাকিয়া অমসুং স্পেন্দা বৃটিশ ইম্পেৰিয়েলিজমনা ডেমোক্রেসিবু লান্না লমজিংববুসু কঙ্গ্রেসনা নিন্দা তৌই। "অদুগা অসুম্নসু নোংশিল্লমই," বৃটিশ সবকাবগী হৌখ্রবা পোলিসি অমদি হৌজিক পায়খৎলকইবা চাওখৎ থৌবাংনা মযেকলানা উৎলি মদুদি মনিংমখা তম্বা অমদি ডেমোক্রেসিগীদমক্তা সবকাব অসিনা কবিমতা খন্দে লোয়ননা হাযবিবা নিংতম্বা অমদি ডেমোক্রেসি ফিদম্নফম ওইববু, মতম অমদা, শেবান্না পুখিবা য়াই। অসিগুম্বা সবকাব অসিগা ভাবতনা তিন্ননিংদে, তিন্নবা ঙমলোই লোয়ননা শেবান্ননা পুখিবা যানা লৈবিবা অমদি হৌজিকমক মশানা য়ানিংদ্রিবা ডেমোক্রেসিগী নিংতম্বগা শীন্নদুনা ভাবতকী মবল-মথুম পীয়ু হাযনা ভাবত্তা হায়বা য়াবোই।" পোলিসি সিবু মুক্লকবগী অহানবা লৌখৎপা দগি ওইনা এসেমব্লিগী অহানবা হেক থংনবা ফম্বা সেসন্দা সেন্ট্রেল লেজিসলেচবদা যাওবা কঙ্গ্রেসকী মেম্ববশিংবু যাওহনখিদে।

ইউবোপ্তা চপচাবা লাঞ্জাও হেক থোক্লিক্রৈঙে চযোলগী মমাংদা ৱাবেপ অসি তাখি। লাঞ্জাও থোকলকপগী মতাংদা হৌবকপা মকওইবা মবমশিং অদুও নওনা অতৈ অকবা নওবা হীবম কয়াগী মবমদা ফোংদোক্লবকপা ভাবত প্রজাগী মত অদুবু বৃটিশ গর্ভণমেন্টকী মবমদা লৈবা ভাবত সবকাবনা কবিমতা নাচুংদনা, তাশিন্নদনা লৈথোকাখ। কঙ্গ্রেস গর্ভণমেন্টতা মতেং কবিমতা পীদবা সিভিল সার্ভিসকী শাসন অমসুং প্রোভিন্সশিংদা লৈবিবা গর্ভণবশিংনা তৌথোবকপা খবকনচিংবদা পোলিসি অদুগী মমি তাবমই কঙ্গ্রেস প্রোভিন্সয়েল গর্ভণমেন্টকী ফীবম নোংম নোংমগী লুবা হেঞ্জিল্লকাখ, প্রজা মীযামগী মবক্তা খুৎকননা কাংলুপ কযানা ন্ শা থীনবকখি লোযননা কীনবকপদা মত পীনবকখি। চেপ্ত ২১ গী মমাংদা ১৯১৪ দা বৃটিশ সবকাবনা তৌখিবদু অমুক তৌবক্কদ্রা হাযনা খ্বাইনা কীনবমই; প্রোভিন্সিয়েল সবকাব অমদি প্রজা মীযামগী খোল্লাও কবিমতা নাচদনা অমদি মতমদদা থোকখিবা পুম্বা খংজিন্নদনা, ভাবত্তা লান্দাবক্কদ্রা হায়নাসু কীনবমই লোযননা ভাবতনা হান্নানা ফংজববা নিংখা তম্বগী শকক অদু উৎনা বাইনা কুপশিন্নবা অমদি হাথিংবা বোতনা ভাবতকী লৈজবা লম্থুম পুম্বা মাংহন্নবা লান তৌবক্কদ্রা হাযনাসু চিংনবকই।

চাহ কুনমভাবোর্মাসগী মনুংদা থৌদোক কয়া থোকখি; প্রজা মীযামগী ৱাখলদা শেবান্নবা কয়া খনাখ। ভাবতপু পাথোক পীশিন তৌবা যাবা থাংদোক থাংজিন তৌবা যাবা গোৎকুম খন্দুনা অদুগা ভাবত্তা লৈবা পুজাবু তুক্কচনা তৌগে নিংনা থৌৱা শাদনা ভাবতকুম্লবা চাওববা লৈবাক্কী লৈজবিবা অনিংবা ৱাখলবু যাম্না থীনা যানিংলমদে। চহি কুন চুম্না অন্দোলন তৌদুনা অবাবা কয়া খাংলকইবা অসিবু কাবসু ওইদনা লৌবব্রা? লৈবাক অসিদা পোকইবা ভাবতকী প্রজাশিংনা মতোমতা ইকাইজদুনা, মখোযবু মিংচৎথীর্হল্লবা, কাবসু থৌওইদনা তৌবিবা, অসিদা তুমিন্না যাবা তাবিব্রা? মখোয অযাম্বনা মখোযনা ফত্তে হায়না খংববু থিংবা অমদি কবম্না খাংগদবগে হাযবদুদি খংলমই; তৌইগুম্বস হাযাববা তৌবিবা মখৈ য়াববু ইকাইনিংঙাইনি খনবা মতমদা যাফম খোক্তে হাযবা খঙলবনি। অসুম্না য়াদবগী ফল-মহৈ অদু মশানা যানা মখোযনা ফংলমই।

মবৈবাকনিংবশিংগী অন্দোলনগী মবমদা মশানা জ্ঞান তাদবা, কবিমতা খংদবা, মী কোঙ্গোই অমা অমদি হৌগৎলকইবা নহাবোন কযা'মা লৈবমই; তৌখ্রিবদু কাবনো, চহি কুন কুম্লাগী মীযাম্না প্রজাগী মতেংপীদবা অন্দোলন (সিভিল ডিসওবিদিয়েন্স মুভমেন্টস) হৌখ্রবা মতম্মগী ইতিহাস ওইনা তৌখিবদু কনাগীদমক্তনো, হৌজিক অমুক হন্না তৌদ্রিবনা কবিগীনো, মখোযনা কবিমতা খংদে। অৱা অনা অমদি লৈফম থোকপা জ্ঞানগী মতাংদা মখোযবু আর্মি পুবক্কা তৌখদবনা, পুন্নমক অসি মশানা মতোমতা ওইজবকপনি হাযনা মখোযনা লৌই। হেন্না চহি যার্মাশনগ্রবা মাবোনগী মীযাম্বু শোল্লি, মীনা হায়বিবমখৈ যাই হাযনা মখোযনা কন্না যেৎনবি; থবক ওইনা পাংথোকপগী হেন্না ফবা মথুত্তি থীনা হায়বনি হাযনা মখোযনা খল্লি। বাজনিতি নত্রগা ধর্ম্মনিতিগী ফজববা মতাংদা নত্রগা লুচিংবা ওইনবা তান্নবগী মতাংদা, মবৈ য়েৎনদুনা মখোয় মশেল অমগা অমগা খৎনৈ। মশাগী মবম ফাওবা নিংথিনা খংদনা, পৃথিবীগী মবমদা মখোযনা খন্ন নৈনৈ; মখোযদি হৈচেৎ হৈকাযগুম মপুংমবৈ ফাদ্রবা ঙাক্লি, লোয়ননা মপুং মবৈ ফাহম্নবা মচাক যাওদ্রবা ঙাক্লি।

অফবা শকক মখোযদা যাওদবা নত্তে; অফবা মবমগীদমক্তা হোৎনবা কনবা মগুণ মখোযগী লৈ; অদুমনদি ওইবগা মখোয়না তৌবা থবক্কী সাধাবণ ওইবা মহৈ অদু নিংবা কায়নিংঙাইনি, পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইদে। মখোয়দা হৈথোই-শিংথোইবনা হামর্নখিবা অমদি মখোযনা তৌকবা থবক্তা খুৎথিবা থেংনখিবা অসিমক হান্নরা খংদবা অখংবা শাকুবর্নানি, মসিমক মখোয়দদি ঙহাক্কী ওইবা মহোৎর্নান।

খেৎনবা অতৈ কয়া লৈদুনসু অসিগুম্বা মীওই কয়ানা মবৈবাক নুংশিবা, মীযামগী মবক্তা য়াওকবনা, খন্ন নৈনবা মতমদা, ভাবতকা মবী লৈননা পাযখৎলকপা বৃটিশ পোলিসিগা য়ান্নবা মওংদা চংথবকই। মখোযনা তৌকবা থবক্কা, ওনশিন্দুনা মখোযবু শাওগৎহল্লি অদুনা মদু থিংনবা মখোয়না কঙ্গ্রেসতা অমুক চংশিল্লমই। থৌশাদনা কবিসু ওইদনা খনবা অসি চাওথোক্লা জ্ঞান তানা পাযখৎলকপা নেশনেলিজম্না য়ানিংদে। খন্নানিংঙাই ওইবা অতৈদি থোযনা কান্নবা নত্তে।

ইউবোপ্তা লাঞ্জাও শোক্লবগী লাওথোবকখি, খুদক অদুমক্তদা, ভাবতকী ভাইসবোইনা ভাবতসু লান য়াওবে হাযনা লাওথোকখি। মীবৈবাক মচাসু ওইবা, তুক্কচববা শাসনগী মীহুৎ মহাক্লা নিপা অমা ওইনা মীয়াম প্রজাদা কবিমতা হাযবমদনা, মী কোটি চার্মবিবু নংশিনবা ঙমলমই। মতৌ অসুম্না মীওই কোটি কযাগীমবাইবক তবাই তবাইনা খনবা ঙর্মালবা নিযম অদু পুন্নবা নিযমনি লোয়ননা গৌবদগী হৌনা (মখোংদগী হৌনা) লানবা পবা লৈবর্নান। ডোর্মিনিয়নশিংদদি, প্রজাগী মীহুৎসিনা মানা মানা নিংবা অপান্বা মতাং খন্নদুনা মপুং ফানা যেৎনদুনা মপুং মবৈ ফাববা মতুংদা বাবেপ তানা ঙাকনি। অদুবু ভাবত্তদি মদু তৌদে, মদুনা পুক্লিং নুংঙাইহনদে।

# মাপলশুবা পন্দুপ

## অহুমশুবা তাংকক

## লাঞ্জাও মতুংদা
## (খনবা ৱাখল, তৌরকপা থবক)

ইউরোপ্তা লাঞ্জাও হৌবকপা মতমদা, ঐহাক চংকিংদা লৈবমই। খুদক্তা হল্লকনবা কংগ্রেস প্রেসিডেন্টনা ঐঙোন্দা অথুবা পাও থাবকখি; ঐহাকসু হোবে হোবে হল্লকখি। ঐহাক্তা হেক থুংবগা কংগ্রেস এক্সিকুটিভকী মীতিং ফল্লমই; মীফম অদুদা মিষ্টর এম: এ: জিন্নাসু বাৰ্ত্তন তৌবমই। তৌইগুম্লসুং লাকপা ঙমদবা তাবে হায়না মহাক্তা হাযবৰ্কখি। ভাইসরোযনা ভারতপু লাঞ্জাওদুদা যাওহনবদা নত্তনা হুকুম কয়াসু থোর্কখি; বৃটিশ পার্লিযামেন্টনা গভর্নমেন্ট ওফ ইণ্ডিয়া এমেণ্ডিং এক্ট পাস তৌখি। শেমইবা আইননশি মদনা প্রোভিন্সিযেল গভর্নমেন্টকী শক্তি অমসুং মপাঙ্গল লৈনবগা লোযননা অককনবা ওইনা থনমই, ককপা যাবমখৈ ককথংলমই, মক ওইনা প্রজা মীয়ামগী মীহুৎশিংগা তাননবা ৱাফম অমতা থনমদে। মশেংবদি, মখোযনা ইতগুতনা লাওথোকখিবা, নিংঙস্লা পুম্বা কবিমতা থৌশাখিদে।

মবম শাংনা খন্ন নৈনবরা তুংদা ১৯৩৯ গী সেপ্তেম্বর ১৪ দা, লানগী থৌদোক মতাংদা, যাম্না শাংনা ইবা বাবোল অমা কংগ্রেস ৱার্কিং কমিটিনা থাদোর্কখি। ভাইসবোইনা লৌখৎখিবা থবক অমদি অনৌবা আইন অমসুং হুকুম পল্লদুনা অসুম্না হায়খি, "লৌখৎলকইবশিং ঐসগী কা হেনবা বাখলগী মাযোক্তা, ৱার্কিং কমিটিনা থবক পাযখৎকনি।" ফেসিজম নাৎজিজম যানিংদে, মক ওইনা "জর্মন্দা নাজি গভর্নমেন্টনা পোলগুগী মথক্তা অকোনবা লান্দাবকইবা ঐস" মসিবু থিংলিবা কাংবুগী নুংঙাইতবা অৱাববু শরুক যাবি।

কো ওপবেসন পীবা মতমদা অসুম্না ইদুনা হাপলমই, "নমদুনা তাবা ৱাবেপ মখোযনা শোযদনা মায়োক্লগনি।" তৌফম থোকপা মবমগীদমক কো ওপবেসন পাম্লবদি নম হাদুনা কো ওপবেসন লৌবা যাবোই, মীৰৈবাক্কী লৈঙাক পায়বা কাংবুনা, ভারত্তা লৈবা প্রজাগী মথক্তা তৌবা হুকুম, প্রজা মীয়াম্না চৎপদা, কমিটিনা য়াবোই। কো ওপবেসন হাযবসি মান্নবা কাংবু অনিনা তৌনগদবনি, অনিনা যানবা ভাববসু মসিনা য়ানবা মবমচাবা মতাংদা যানগদবনি। ইকুই কুইদনা হৌখিবা মতমদা, মখোযগী মশাগী মনিং মখা তম্নবা লোয়ননা ভারতপু ডেমোক্রেটিক ষ্টেট ওইহন্নবা, ভারত্তা লৈবা প্রজা মীয়াম্না কাহেন্না থীনা খুদোংথীবা কযা মাযোক যাখিবনি, লোয়ননা মশানা য়ানা মশাগী ওইজবা পুম্বা থাদোকখিবনি; মখোয়না পামজবদি ডেমোক্রেসি অমসুং নিংতম্বনি। মখোয়না নিংজবিবা নিংতম্ববু মখোয়দা পীদ্রবদা, মখোয়দা পীবম্না অককনবা নিংতম্ববু ভারতগী লৌথোকগ্রবদা, নিংতম্না পীগনি হার্য়জিন্দুনা ভারত মচাবু লান্দা থাজিনবদি, ভারতকী প্রজা মীযাম্না য়ানিংফম থোক্কে।"

"গ্রেড বৃটেন অমসুং ফ্রান্স গভর্নমেন্টশিংনা ডেমোক্রেসি অমসুং নিংতম্নবগীদমক, অমাদ লান্দাবকপা থিংনবগীদমক লান শোক্লগদবনি হাযনা মখোযনা লাওথোর্কখিবসি কমিটিনা ভাব তানা খংই। হাযদোর্কখিবা ৱাহৈ অমসুং ফীদম অদুগা অশেংবা নিংইবা, পামইবা থবক অদুগা মতম পম্নমক্তা খেন্নবসি ইকুই-কুইদনা, হৌখিবা মতমগী ইতিহাসতা মপুং মৰৈ ফাববা খুদম পীদুনা মপুং ফানা উৎলি।" পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওগী মতম অমদি মতুংদা থোর্কখিবা হৌব্রবা থৌদোক খবা, অদুক হঙ্গত্তুনা য়েংসি, "থাজহন্নবগী ধৰ্ম্মগী মবমদা তৌশিন্নদুনা হকচিন্না লাওথোকখিববু, কবন্না তক্কজবা

থাদোকখিবনো হায়বদু, মথং মথং ইথবকপা ইতিহাসনা ইনৌ-নৌনা উৎলি . . . ডেমোক্রেসি অসি খুদোংথীনিংঙাই ওইবে, মসিবু ঙাক্কদবনি, হায়না অমুক হন্না য়ানবে; হায়বিবা ৱাঙাং অদুবু কমিটিনা মপুং ফানা য়াবে। হায়বিবা ফীদম অমসুং অপাম্বা অদুনা নোংচুপ মাইকৈদা লৈবা মীয়াম্বু মপুক্লিংদা পামহনবা পোকহনখিবদু কমিটি অসিনা থাজে; অপাম্বা অদুগীদমক্তা মীয়াম মথৱাই থাবা পাম্মুবমদে; অদুবু মীয়ামদুগী পামজবা ৱাখল অমদি ফীদম্নফম ওইবা, লোয়ননা মখোয়না থাজদুনা লানফমদা মথৱাই কখোকখিবা, মখোয় অদুগী পামজবা কবিমতা থৌশাবীখিদে অসুম তৌদুনা মীয়ামগী থাজবদু ঙাকপীখিদে।"

"হায়গী ফীবম লেংদনা লৈনহন্নবা অমসুং ইম্পেবিয়েলিশ্চকী লম, (কোলোনি), লোইলম, মখোয়গী কান্নবা-ওইজবা অমদি খুদোংচাববু ঙাক্লবগীদমক, লান শোক্লবা তাববদি, মদুগুম্বগীদমক ভাবতনা কবিমতা তৌবা ঙমলোই। অদুম ওইনমক চথবকইবসিনা ডেমোক্রেসি অমসুং ডেমোক্রেসিগী যুম্ফমদা পৃথিবীগী শান্তি পুবক্লবা ওইববদি, মদুদা ভাবতকীসু মনুং-মপান নাযদনা অপাম্বা লৈ। ভারত্তনা ডেমোক্রেসিবু পামজবা অসিনা বৃটিশ ডেমোক্রেসিগী অপাম্বা নত্রগা পৃথিবীগী ওইবা ডেমোক্রেসিগী অপাম্বগা মুক্লগদবা কবিমতা লৈতে হাযবসি কমিটি অসিগী থাজবনি, অদুম্মদি ওইবগা ভাবতকী অমদি অতৈ লৈবাক কযাগী ডেমোক্রেসি অমসুং ইম্পেবিয়েলিজম অমদি ফেসিজম অনিগী মবক্তদি সত্ত্ব ওইনা তৌদবা য়াদ্রবা, মুথৎপা য়াববোইদবা খৎনবদি অদুম মবৈবি। ডেমোক্রেসি পাকথোক শন্দোক্লবা অমদি ঙাক্লবা গ্রেট বৃটেয়া লান শোক্লবা তাববদি, মহাক মশামক্তা থাগোল্লবিবা ইম্পেবিয়েলিজম অসি শোয়দনা থুপচিনবা তাবনি, লান্দাবকপদগী ঙাকথোক্লবা, মদি শেষ্টুমগী মতাংদা অমগা অমগা মতেং পাংননবা, নিংতম্মা ডেমোক্রেটিক ওইববা ভাবতনা, মনিং তম্নবা অতৈ লৈবাকশিংগা হবাওনা খুৎশম্ননা চৎমিন্নগনি। মীওইবগী চাওখৎনবা, যাইফ থৌবাংনা, ডেমোক্রেসিনা অমদি যুম্ফম ওইবা পৃথিবীগী অশেংবা নুংঙাই য়াইফবা পুবক্লবা ভাবতনা থবক পাযখৎকনি।"

মবৈবাক মজাত্তি নিংলবা কঙ্গ্রেস এক্সিক্যুটিভনা, পৃথিবীদা লৈবিবা জাত্তি পুম্নমক্কী ওইনা খল্লমই, খুৎলায় পাযবা মশেন লান শোক্লবদগী লাঞ্জাও অসিনা হেন্না চাওবা অর্থ লৈনা খন্নবমই। "ইউবোপ পুম্নবু যোৎকদবগুম হৌবকইবা লাঞ্জাও অসি, ইউবোপ্তুগী অততায নং্ৱে, মীওইবা পুম্নগীনি, হৌজিক মতমদা, পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা অমগা অমগা লৈনবীবা মবীগী থাবা য়াদ্রবা শেমগৎ শাগৎপবু তুংওইনবগা, হৌজিক থোকইবা লাঞ্জাও অসিবু অতৈ লাঞ্জাও নত্রগা খৎনা চৈনবা ওইনা, তবাইনা লৌবোইদবনি। ফবু ফববসু ফৎপু ফত্রবসু লৈঙাকলোন, খুনাইলোন অমদি শেষ্টুমগী মতাংদা পৃথিবীবু অমুক শেম্না তাবনি। খুন্নাই অমসুং লৈঙাকলোন যেৎনবকপা অমদি থৌখিবা লাঞ্জাও মতুংদা থোবকপা খুদোংথীবগী লাংতক্লবা, অকীবনা পোকহনবা তাইওনবা মসি পুম্নগী থোক্তবা য়াদবা মহৈনা, খৎন চৈনবসি থোকহনবনি, অসিগুম্বা যেৎনবা অমসুং তাইওন্নবসি কোকহন্দুনা, ইনৌ নৌনা চপ মান্নবা চাং অমদা পুর্বাক্রিফাওবদি, অবেপ্পা ৱাবেপ তাবা য়াবোই। ডোমিনিয়ন ওইবগী অবেপ্পা শক্তম লৈববতা, লৈবাক অমনা অতোপ্পা লৈবাক অমবু তুহৎনবা লেপ্লবতদা (তোক্লবতদা), মীওইবা পুম্নগী চপ মান্নবা নুংঙাই য়াইফবা পুবক্লবা, শেষ্টুমগী থৌশিন নিংথিনা শীল্লবদা, চপ মান্নবা চাংচৎ পুবকপা যাগনি। থৌদোক অসিগী তাইনবদা, ৱানা থোকপা অমদি হৌবকফম, ভাবতনা ওইবস্মী, ভাবতনা হৌজিক মতমগী ইম্পেবিয়েলিজমগী তোমথীন ওইবা খুদর্মনি, মক ওইবা কান্নবা শককপু থৌশাদ্রবা, পৃথিবীবু নৌনা শেমগৎপদা, মাই পাক্কদবা লৈতে। পৃথিবীগী ওইনা নৌনা শেমগৎ শাগৎপগী থবক, নিয়ম অমগী মখাদা পাযখৎপদা, ভাবতনা মাগী লৈজবিবা মচাক খবনগা লোযননা অচৌবা থৌদাং অমা শোযদনা লৌগনি। অদুম্মদি ওইবগা, মহাক্তা নিংজবিবা অচৌবা থৌদাং অসি পাংথোক্লবা, মহাক্কী লৈজবিবা মপাঙগল পুম্না ফুদোকপা ঙম্না, শীজিন্নবা ঙম্না, মনিং মখা তম্বা জাত্তি অমা ওইববতা, হাযবিবা অসি ভাবতনা পাংথোকপা ঙমগনি। নিংতম্বা অসি ঙসিদি মচেৎ কয়া থোক্লা থুগাইবা যাবা নত্তে; অদুগা পৃথিবীগী মফম কযাদা শিনবা থুংনা লৈথ্রবা ইম্পেবিয়েলিজমবু পৃথিবীগী মফম কযাদা শিনবা থুংনা লৈথ্রবা ইম্পেবিয়েলিজমবু লাকশিন্দুনা থম্নবা হোৎনবদি তবাইবা থবক নত্তে, মসিনা শুকশোয শোযদনা অনৌবা খুদোংথীবা থোকহনগনি।"

ইউরোপ্তা ডেমোক্রেসি পুরক্লবা হোৎনরিবা অসিদা, ভারত্তা লৈরিবা লৈবাক কয়াগী লৈঙাক পায়রিবা নিংথৌশিংনা, মপুংফানা তেংবাংবীনবা, কমিটিনা হায়জরমই; অদুগা ওটোক্রেসি ময়েক শেংনা চৎলিবা, মাগী মাগী লৈবাক্তা ডেমোক্রেসি চৎহনবীরবদি হায়রিবা অসি লায়না পাংথোকপা ঙমগনি হায়না কমিটিনা মখোয়গী অনিংবা ফোংদোকলম্মী।

মতাং খুদিংদা মতেং পাংনিংবগী লাংতক্লববু কমিটিনা অমুকসু হন্না ফোংদোকলি। "হৌজিক বৃটিশ গভর্নমেন্টনা, লান শোক্লবগী লাওথোকপসিনা, ডেমোক্রেসি নত্রগা মশানা ৱায়েঙ্গবা নত্রগা মখোয়না হায়দোকখিবগী অচুম্বদু পুবক্লবা, মখোয়না করিমতা তৌদ্রে হোৎনদ্রে হায়বসি, বৃটিশ-পোলিসিগী হৌজিকমক অমদি হান্না চত্থরকইবা, খোংথাং অসিদগী উবা ফংই" হায়না কমিটি অসিনা লাওথোক্লম্মী। অদুগা মখোযনা অসুম্নসু হায়রমই, (মদুদি) "থোকইবা থৌদোক্লা হকচিনবা হেঞ্জিল্লকপনা অমদি মতম খরগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোককী খোংজেন্না, কুপ্পবা মরোন, আশা তৌরিবা অপাম্বা শরুক, অমদি হৌজিক অমসুং তুংদা ওইরক্কদবা ভারতকী ফীবম অসিনচিংবগী মরমদা মতম অসিদা অরেপ্পা ৱারেপ লৌবা কমিটিনা পামদে। ডেমোক্রেসি অমসুং ইম্পেরিয়েলিজমগী মতাংদা, মখোয়না লালতৌবগী অপাম্বদু করিনো, মখোয়না থোকইবা অনৌবা হুকুম অদু মরুওইনা করি পাম্বদগীনো, ভারতকী মরমদা মখোয়না করি নিংলিবগে অদুগা হৌজিক্লা করি তৌগে খল্লিবগে হায়রিবশিং অসিগী মতাংদা অর্থ অনি থোক্লা পুদবা, চিংননিংঙাই ওইদবা মওংদা, লাওথোক্লবা মখোয়না বৃটিশ গভর্নমেন্টতা খংহনলি। ইম্পেরিয়েলিজম্ব মুখৎনবা মতাং য়াওরিব্রা অমদি প্রজাগী অপাম্বা মতুংইন্না শেল্লবা মনিং তন্নবা, ভারত মীয়ামগী পোলিসি অমদি ভারতপু নিংথিনা লোয়নবা শরুক মুখৎপগী মতাং য়াওরিব্রা ? . . . . . হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা চৎনহনবনা লাওথোকপগী অশেংবা মরুনি মরমদি ঙসি লাওথোকপা হুকুম্না ঙসি তৌবা থবকপু মওং তানা লাকশিল্লি লোয়ননা মতুংগীদমক্তা মওং শক্তম লাকশিন্নবগী লম্বী কয়াৎ য়াৎলি। . . . ইম্পেরিয়েলিজম্ব য়োকখৎনবা, মশানা লান থোকহন্নবা অমদি মীওইবগী নুংঙাই-য়াইফবা চাং তাহন্নবা, মরম ওইরবা ইম্পেরিয়েলিজমগী শক্তম য়োকখৎপনা লেংদনা মরা চেৎনা থম্নবা, অকীবগী মশক ওইরবা লান তৌনবনা, অরোই অখম নায়দ্রবা অৱাবা থোকহল্লি।"

ভারত অমসুং ইংলণ্ড, লৈবাক অসিগী মরক্তা লৈবিবা অচৌবা লাঞ্জাও, অমদি ঐখোয়না খংদবা মীয়াম্না পামজবা অনিংবা, লোয়ননা থৱাই হকচাং য়াওনা পামজরবা নিংতম্বা ফংনবা, পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা য়াওবগী খৌরাংবা পোকহন্নবা লম্বেল থিনবা, মীরোন অমা-মখাই চুপ্পা শেমগৎলক্লবা, মখোয়গা লৈনরিবা মরীবু হু-দা লুপশিনবা, অসিগী অচৌবা পঞ্জাও লাম্বোক্লবা হোৎনবনা, পুক্লিং অসি লাংতকননা খন্ন-নৈননবা তুংদা, থোকপা ঐখোয়গী খোল্লাওনি। ভারতকী নিংতম্বা পোৎ নত্তে; মসি লাঞ্জাওগী নত্রগা পৃথিবীদা লৈরিবা জাত্তিশিংগী থৌদোক কয়া'মগী মহয় নত্তে। মসি, মীরোন কয়া চুপ্পা, ঐখোয়না, নৈশন নৈশন খল্লকলবা, ঐখোয়গী ৱাখল, অমসুং ঐখোয়না পায়খৎলকলবা থবক কয়ানা, শেমগৎ-শাগৎচরকলবা থৌদাংনা ওইহল্লকপনি। ভারতকী নিংতম্ববু শেংনা লাওথোকপদা, হৌজিক লৈরিবা ফীবমসিদা চৎনহনবদা, অমদি লানগী দরকার ওইববু পুক্লিংদা খন্দুনা শেম-শাবদা, অরুবা করিমতা লৈতে। অশেংবমক, দরকার ওইবা লান্না মসিবু তাল্লমই। ইংলণ্ডবু খনবীরবা, লোয়ননা ভারতকী নিংতম্ববু শকখংনা য়ানিংলমলবা, অদুওইরবদি মরুওইবা অৱাবা খুদিংমক মশানা মাংজরমগনি, অদুগা মদুদা লৈহৌগদবা মখাক হায়ববু, মরী লৈনবা কাংলুপশিংগী অমগা অমগা য়ানবদু, চুংশিন্নগদব মঙাই। প্রোভিন্স খুদিংদা প্রোভিন্সকী লৈঙাকপনা থবক অদুম মপুবি। লান শোক্লরিঙে মতমদা, মীয়াম্না য়ানরবা, কেন্দ্র সরকার অমা, নিংথিনা চলায়বদা, ইরায় লায়না থোকলমই; মদুনা ময়াম্না য়ানরবা মতিকচাবা য়ুম্ফমগী নিয়ম মখাদা লাঞ্জংগী থৌনাবু শকখংবা তাবনি, খুৎলায় পায়বা লাম্মীগী মপুং ফারবা মতেং পীগদবনি; প্রোভিন্সকী লৈঙাকপশিংগা প্রজা মীয়ামগী, অনিগী মরী নিংথিনা থমগদবনি; অমরোমদনা বৃটিশ সরকারগা প্রজা মীয়ামগী মরীসু নিংথিনা থমগদবনি। সংবিধানগী মতাংবু মাংজৌননা পুথোকনবা হোৎনগে হায়না, তশেংনমক নিংলমলবসু, লান লোয়রবা মতুং কায়নথং ফাওবা সংবিধানগী মতাং কয়াবু চৎহন্দনা য়ৈথোকলমই। লান

লোয়ববা তুংদা প্রজাগী মীহুৎ কাবকপশিংনা অবেল্লা সংবিধান শেমগদবনি অদুগা ঐখোয় ইশেনগী নুংঙাই য়াইফনবা য়েংদুনা ইংলণ্ডগা শন্ধি তৌগদবনি।

মতমদুদা ফোং-ফোং শানা থোকইবা পৃথিবীগী ৱাফমবু ঐখোয়গী প্রজা অয়াম্বনা কবিমতা খংবা ঙমদ্রি অমদি মতমদুগী বৃটিশকী পোলিসিবু যানিংদে হায়না মখোয়না লাওবি, অসিগুম্বা মতমদা কঙ্গ্রেস কার্য্যকাবী কমিটিনা ইংলণ্ডদা, ঐখোয়না পামইবসি হায়বদা অবাইবা ওইবমদে। মতম শাংনা মাইকৈ অনিদা নৈনবকলবা থাজদবা অমসুং চিংনববু যাদুগী ৱাহৈনা ফাওবা খুদক্তা হেক্ত মাংহনবা ঙমলোয় হায়বা ঐখোযনা খংলমই। ঐখোয়না আশা তৌই, থোর্কালিবা থৌদোক্কী খোংথাংনা ইংলণ্ডকী লুচিংবশিংবু মখোয়গী ইম্পেবিয়েলিজমগী হৈনবী থাদোকহন্নবা ইনশিনগনি লোয়ননা ঐখোয়না পামইবসি য়ানিংবগী ৱাখল পোকহনগনি; অসুম্না ইংলণ্ড অমসুং ভাবত অনিগী লৈনবিবা নুংশিনদবসি মমি-শামহনগনি; লানগীদমক্তা ভাবতকী লৈজবিবা মথৌনা অমসুং মচাক মথুম অসি শীজিন্নদনা য়োকখৎকনি।

তৌইগুম্বসুং মদুমক ওইগদবা নত্তে; ঐখোয়না হায়জকবা পুম্বা য়াবক্তবনা, মখোযগী পাওখুম ওইবমই। ঐখোযবূ মখোয়না মকপ অমসুং মমান্নবা ওইবা পামলমদে; মীনাই অমগুম্না ভারতকী মীয়ামবু মখোয়দনা থৌদাবা পামই হাযবসি ঐখোযদদি শেংলমই। "মতেং পাংনবা" হায়বা ৱাহৈ অসি ঐখোয়না শীজিন্নবমই; তৌইগুম্বসুং ঐখোয কাংবু অনিনা ৱাহৈ অসি অর্থ মান্দনা লৌবমই। ঐখোয়না লৌবনা: মকপ অমসুং লেংমান্নবনা অমগা অমগা মতেং পাংনবনি; মখোযনা লৌবা অর্থনা, মখোযনা য়াথং পীবা থৌদাবা ঐখোয়না নিংঙাই তৌদবা মখোয়না হায়বা ইনবনি। ঐখোয়না লেপচবিবদুবু শেবান্ননা পুদুনা অমদি থাদোকচদুনা, নত্তবা হায়জিনবা অদু হেক্তা য়াবা হায়বসি ঐখোয়দা ওইথোক্তে; মদুমক তৌববদি ঐখোয়গী পুন্সিদা শেবান্নবা অর্থ ওইগনি। মদুমক তৌগে হাযনা ঐখোয় খবনা খল্লবদি, ঐখোযগী প্রজা মীয়ামগা লোয়ননা ঐখোযনা চৎমিন্নবা ঙমলোই; মদুনা ঐখোয়বু শেবান্নবা লমজিংগনি, নেশনেলিজমগী লৈজবিবা লম্বীদগী তোঙঙান তানা ককথৎকনি লোযননা ঐখোয়না খঞ্জবিবা ইন্টবনেশনেলিজমদগী ঐখোয়বু লাপথোকহনগনি।

প্রোভিন্সিযেল গভর্নমেন্টশিংগী ফীবম লুনা লৈবমই; বৃটিশনা পামইবনা ভাইসবোযনা অমদি গভর্নবনা লিশাংশিংনা ওৎ নৈবদু যাবনি নত্রগা মখোযগা খৎনবনি। লৈঙাকপগী মকওইবা থবক মখৈদি গভর্নবগী মখুত্তা লৈবমই, মন্ত্রি অমসুং লেজিসলেচবশিংবু হান্নগুম্না খল্লমদে লোয়বং শিংখোং ওইবা যেত্তনদা লৈবা ওইনা লৌবমই। অদুগা মদুগী মথক্তা মনিং তৌবা নিংথৌ নত্রগা নিংথৌগী মীহুৎকা পার্লিয়ামেন্টকা অবিবা সংবিধানগী মতাংদা খৎনদুনতা লৈবমই, হায়বিবা নিংথৌশিং অসিদি খুৎলায়তগী মপান্না লৈঙাকপা মীবেবাক্কী মীওই ঙাক ওইনা তৌবস্মী। প্রোভিন্স তবামাথোইগী মণুংদা প্রোভিন্স নিপান্দা লৈবিবা (বেঙ্গল, পঞ্জাব অমসুং সিন্দ নত্তনা পুম্বা) কঙ্গ্রেস গভর্নমেন্টশিংদি মখোয়না হাযবিবদু মুক্তুনা থবক খাদোক্লবা ৱাবেপ লৌবমই। খব অমনদি থবক থাদোকপগী মহুত্তা থবক তৌদুনা অদুম লৈগনি হাযনা মত পীবমই, অসুম্না খবসিনা গভর্নবনা তাম্ভোবকপা হাইবমই। থবক থাদোক্লবা সংবিধানগী লুববা মতাং মখোয়না পায়খৎলমই অসুম তৌদুনা লেজিসলেচব মুথত্তুনা নৌনা মীখল তৌনবা লাক্লবমই। লেজিসলেচবদা মখোয়গী ওইনা লৈবা মীশিংনা (মী মশিংনা) যাম্বনা অতোপ্পা মন্ত্রি মণ্ডল অমা শেম্বা ঙমফম থোকলমদে। গভর্নবশিংনা নৌনা মীবেপ তৌহন্দনবা মপুক্তা লাংতক্লবমই, মবমদি নৌনা তৌবা মীবেপ্তা কঙ্গ্রেসনা অঙকপা অমা ওইনা মাইপাকখিনি হায়না মখোয়না য়াম্না নিংথিনা খংলমই। মখোযনা লেজিসলেচবশিংবু লৌথোকলমদে চুন্নতা মথৌ তৌহল্লমদে, থবক পাযহন্দনা থনমই, লোয়ননা প্রোভিন্সিযেল গভর্নমেন্টকী অমসুং লেজিসলেচবগী থবক পুম্নমক পায়শিল্লমই। মখোযনা শক্ত পুম্নমক শুপচিন্না পায়শিল্লমই, প্রোভিন্স পুম্নমকী মখোযনা মকোক ওইবমই, (আইন, দণ্ড পুম্নমক্লমক মখোযনা চলায়বমই) আইন শেমলমই, হুকুম তৌবমই, দণ্ড পীবমই অদুদা নত্তনা প্রজা মীযাম অমদি প্রজাগী মীহুৎশিংদা কবিমতা খংহন্দনা মখোযনা তৌনিংবতা মনিং মখা তম্না তৌবমই।

কঙ্গ্রেস এক্সিকুটিভনা মখুত্তা শক্তি পাযশিন্দুনা প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্টপু থবক থাদোক্লবা শিল্লমই হাযনা বৃটিশকী মপান্দা লৈবা কনাগুম্বা অমদগী হেন্না তমথীনা, মতোমতনা শক্তি পায়শিনবা খ্বাইদগী চাওবা মকোক ওইনা,

থবক তৌবা অমনা, মরিং মবাংবা ওন্ন-তৈনবা মরান শীবনি। তশেংনা অচুম্বমক্তি, লেজিসলেচব মেম্বরসিংগী মীখল মীরেপ তৌহল্লিবা, ভাইসবোয়গী অয়াবা লৌদুনা প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্ট শেমইবা, অদুগুম্বা কঙ্গ্রেস পোলিসিগী য়ুম্ফমদি প্রোভিন্সিয়েলগী থাক্তা মনিং তম্না মথৌ পাংথোকহনবনি, গভর্নর নত্রগা ভাইসবোয়না য়েৎশিনবীদবনি। অদুবু হৌজিক্তি ঙহাক লৈতনা ইতৎ তত্তনা য়েৎশিনবী মদুদগী হেন্দুনা, গভর্নমেন্ট ওফ ইণ্ডিয়া এক্ট ১৯৩৫ গী মতুংইন্না পীবিবা প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্টকী মথৌ পাংথোকচনবা শক্তি ফাওবা মখোয়না ককশিল্লি। বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টনা এক্ট অসিবু শেমদোক শেমজিন তৌদুনা প্রোভিন্সশিংগী লৈজবিবা শক্তিবু নমদুনা শেরান্নবা লান শোক্লনবংবোমদা শীজিন্নহল্লি। হায়নিংবা তৌনিংবা মতম অমদি মতাংদা, প্রোভিন্সশিংদা য়েৎশিন্নবা, মনিং তম্বগী শক্তি, ভাবত সবকাবদা হাযবদি ভাইসবোয়দা, পীথোকলমই; অদুগা প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্টকী মথৌ পাংথোকপদা শীজিন্নবিবা শক্তি ঙাক শেন্নবা আইন অমতা থম্বীদে, শেম্বীদে; প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্টনা য়ানিংদবা থবক কয়া নমদুনা তৌহল্লমই। প্রোভিন্সিযেল গভর্নমেন্ট অমসুং লেজিসলেচবনা তাবা ৱাবেপ খুদিংমক, লানগীদমক দরকার ওইহনবগী মমিংদা গভর্নব জেনবেল ওইবিবা ভাইসবোয়না অপাম্বা মীশক খন্দুনা শেম্বা কাউন্সিলগী অয়াবা লৌদুনা নমহৎপা ঙমলম্মী। হার্যাববা ফীবম অসিদা দায়ী পুবিবা মন্ত্রিশিংনা তৌফম থোকপা মথৌ অমতা পাংথোকপা ঙমলমদে; মসিনা তৌবিবা থবক্কী মতাংদা গভর্নবগা তত্তনা খৎনহল্লি নত্রগা লেজিসলেচব অমসুং মখোয়না পাংথোকপা থবক্কী মতাংদসু ঙহাক লৈতনা খৎনবমই। কঙ্গ্রেসতনা মীশিং হেল্লবা লেজিসলেচবগী মীফম খুদিংদা কঙ্গ্রেসকী ওইবা দাবী লান হৌপ্রবা মতুংদা লৌখৎলমই; অসিগুম্বা দাবীগী ৱাবেপ অদু ভাইসবোয়না ইতৎ তত্তনা ককথৎলমই; অদুর্নদি, খৎনবা নত্রগা থবক থাদোকপা মশানা তাবনি। বৃটিশকী শক্তিগা চাযননিংবনা, অচৌ অপীশক মীযাম পুম্বগী অপাম্বা ওইবকখি। অদুম ওইনমক; কঙ্গ্রেস এক্সিকুটিভনা হেক ঙমইবমখৈ মসি তৌদনা লাংতক্লবমই; মখোযনা খব ফগদবা মওংদা পায়খৎলমই। মীযামগী ওইবা মীখন মীবেপ তৌদুনা ভোটর্বশিংগী অমদি প্রজা মীয়ামগী মপুক্লিং চাং য়েংবদা বৃটিশ সবকাবদা লাযনা থোকলমই। মসিসু মখোয়না তৌখিদে মবমদি মীখনগী ফলদা কঙ্গ্রেসনা শাথীনা মাই পাকখি হায়বদা মখোযনা কবিমতা চিংনখিদে।

বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবকী অচৌবা প্রোভিন্সশিংদা অমদি সিন্ধগী অপীকপা প্রোভিন্সতা কনা অমতনা থবক থাদোকনখিদে। বেঙ্গল অমদি পঞ্জাবতা গভর্নবনা অমদি মকোক থোংবা অফিসাবশিংনা মতম চুপ্পদা লাকশিনবগী থৌদাং পাযশিনবা মবমনা খৎন চৈনবা কবিমতা থোকখিদে। অদুমওইনমক, অদুনা মহাক অমদি মাগী মন্ত্রিশিংবু নমদুনা থবক থাদোকহল্লমই। অদুগা সিন্ধদসু কায়নথংদা প্রাইম মিনিষ্টবনা বৃটিশ সবকাবগী পোলিসিবু যানিংদবা মবম উত্তুনা ভাইসবোয়দা চিঠি ইবমই লোয়ননা যানিংদবা উত্তুনা বৃটিশ গভর্নমেন্টনা মঙোন্দা পীবকপা ইকাই খুম্নবগী উপাধি অদু লৌখিদে। মহাক থবক্তি থাদোক্লমদে। অদুম ওইনমক ভাইসবোয়গী চিঠি অদুনা মবম ওইদুনা ভাইসবোযনা গভর্নবদা য়াথং পীদুনা মহাকপু থবক লৌথোকখি।

প্রোভিন্সিযেল গভর্নমেন্টনা থবক থাদোকখিবা চাওবাক্লা চহি মঙাবোম শুজিল্লক্লে। হাযবিবা মতম অসিগী মনুংদা প্রোভিন্স খুদিংদা মী অমতগী শাসন হাযবদি গবর্নবতনা তৌবা শাসন মখাদা লৈবমই; লোযননা অবানাবা শাসন মখাদা অমদি লানগী লৈচিন মবক্তা, তাবামাপল শুবা খৃষ্টাব্দগী ময়াই চল্লকপদা ওইবম্বা মপুং ফানা ঈ চুপ্পবা মী অমতনা মনিং তৌনা পানবা শাসন মখাদা ঐখোয়না অমুক হঞ্জিন্না লৈবমই। অফিসকী থবক তৌবশিং অমদি পুলিসনা খ্বাইদগী চাওবমই; বৃটিশ গভর্নমেন্টকী তমথীববা পোলিসি, মতমদুদা থবক তৌবা সাহেব নত্রগা ভাবতমচা কযানা, পাংথোকনিংদবা খজিক উবদা, মখোয়গী পেন্দবা নুংঙাইতবদু মখোযগী মমাইদা উবমই। কঙ্গ্রেস গভর্নমেন্টনা তৌবা থবক অযাম্বা কাংখথাং ওইহল্লমই লোযননা পাযখৎকদবা থবক্তা শেন অমতা থাদবমদে। লাইবক ফবদি (কঙ্গ্রেস গভর্নমেন্টনা শেম্বা) লৌমীগী নিয়ম (টেনেন্সি এক্ট) খবা কাযদনা লৈহৌই মদুগী অর্থ হন্দোকপদা লৌমীশিংগী পামজবা কান্নগদবা অদুগী মায়োক্ত ঙাক্তা হন্দোকলমই।

অবোয়বদা চহি অনিগী মনুংদা আসাম, উবিষা অমসুং অৱাং-নোংচুপ ভমখৈদা লেজিসলেচবগী মেম্বৰবু ফাদোক ফাওবা থম্বা য়াবা আইন শেমদুনা প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্ট অমুক শেমগনি; অসুম্না মাইনোবিটিবু মেজোবিটি ওম্বোকখি। বেঙ্গলদনা মফমদুগী লৈবিবা মন্ত্রি মণ্ডল অদু ইউবোপিয়ান কাংবুগী মখুত্তা মপুং ওইনা লৈবমই। উবিষাদা লৈবা মন্ত্রি মণ্ডল অদু ইউবোপিয়ান কাংবুগী মখুত্তা মপুং ওইনা লৈবমই। উবিষাদা লৈবা মন্ত্রিমণ্ডল মুখৎখি লোয়ননা মীঅমতনা শাসন তৌবা গভর্নবগী প্রোভিন্স ওম্বোকখি। ভমখৈদা লৈবা প্রোভিন্সতদি মন্ত্রিমণ্ডল লৈববসু মদুবু শৌগৎনবা মেজোবিটি অমতা লৈবমদে; মবমদুনা লেজিসলেচবগী মীফম অমতা ফমখিদে। পঞ্জাব অমসুং সিন্ধদনা (জেলদগী থাদোবকপা) লেজিসলেচবগী কঙ্গ্রেস মেম্বৰশিংগী মথক্তা ইতোপ তোম্বা এক্সিক্যুটিভকী হুকুম চলায়দুনা লেজিসলেটিভ এসেমব্লিগী মীফমদা মখোয়বু য়াওহনলমদে লোয়ননা প্রজা মীয়ামগীদমক মীয়াম্না পায়খৎলকপা থবক্তা য়াওহল্লমদে।

* ১৯৪৫ হৌবকপদা, অবোয়বা ওইনা বজেট সেসনগীদমক ফ্রন্টিয়াব লেজিসলেটিভ এসেমব্লিগী মীফম ফম্বা তাবমই। ভোট ওফ কনফিডেন্সতা মন্ত্রিবু মাইথিবা পীখি; মহাক থবক থাদোকখি। ডাক্তব খান সাহিবনা প্রিমিযাব ওইদুনা কঙ্গ্রেস মন্ত্রি মণ্ডলনা অফিস অদু লৌশিনখি।

# মাপলশুবা পন্দুপ

## মরিশুবা তাংকক

# কঙ্গ্রেসনা নোৎশিন্দুনা হায়জবা বৃটিশ গভর্নমেন্টনা য়াবীদবা মিষ্টর উইন্সটন চার্চিল

প্রোভিন্সশিংগী মনুংদা প্রোভিন্স নিপালদা মী অমগী শাসন, মী অমতনা মনিংতৌনা লৈঙাকপা ওনখিবা অসি প্রজাগী মীহুৎনা মকোক ওইনা শাসন তৌবা নত্তে; অসুম্না পুরকপা অওনবা অসিনা মন্ত্রি মণ্ডল্দা অহোংবা পুরকপা ওইবা য়ারোই। মসি, ষ্টেট পুম্বগী শেমগৎ শাগৎপগী নিয়ম, পোলিসি অমসুং রাখল পুম্বা, তাইওনহনবা খোংদগী তোন ফাওবদা অহোংবা পুরকপনি। লেজিসলেচর মুথৎলমই, মীয়ামগী কান্নবা য়েংদুনা একজিক্যুটিভতা অহোংবা অথিংবা পীবগা, গবক তৌবা মীপুম পার্মেনেন্ট তাহল্লম্বা, পুম্বা মাংখিবমই; গর্ভণবদগী মখা ফাওবা থবক তৌবশিংদা, পুলিসকী থবক্তা, প্রজাগীদমক তৌফম থোকপা থবক্তা, পুংহোং হোংদোকলমই। কঙ্গ্রেস গর্ভণমেন্টনা খুত্তা শক্তি পায়বা অদুগী মমাং মতমদা অসুমনা মথক মখা ওনবা অমদি অথিংবা পীবসি তৌবমদে। হৌজিক্লা থোয়না ফৎচিল্লক্রে। আইন্নি হায়দুনা চৎহল্লিবা অদুসু তবামাপল শুবা খৃষ্টাব্দদগী মনিংতৌবা লৈঙাকপা মওং অদুদা অমুক হঞ্জিল্লমই। তৌবকপা থবক য়াম্না শাথিরমই; হান্না লৈবম্বা থাজবা অমদি অশুম্বশিং অমসুং প্রজাগী মবক্তা লৈবা নুংশিনবা পুম্বা মাংখিরমই মতম শাংনা-চংনা শেমগৎ শাগৎলক্রবা কীনা চৎপা, অপাম্বা অমদি পামজবা পুম্বা মাংশিল্লকপনা শাসনগী মচাক ওইবিবা বৃটিশকী থবক পুম্বা পাক্লা শয়া মচু শংলমই। চহি অনি থা অহুম পাল্লম্বা কঙ্গ্রেস সবকারগী থবক, বৃটিশ সরকাবনা রানা খাংলমই; মখোয়না নুংঙাইবক্তবদা জেলদা মতমপুম্বদা নমশির্নাখবা কাংবুদুনা পাংথোকলম্বা পোলিসি অমদি তৌবম্বা হুকুম অদু মখোয়না নুংঙাইজরমদে। মমাংঙৈগী খোংফম, হৌজিক হঞ্জিনহন্নিংবদু নত্তনা নুংঙাইতবদা পোকহল্লম্বা মীওই পুম্বা, মতিক থোকপা অব্রাফমদা থমজিলমই। লবুক্তা থবক শুবা লৌমী, ফেক্টরিদা থবক শুজবা শিম্মী, মখুৎ মশা হৈজবদগী মপান্না হিংজবা মীশিং, দুকান ফম্বা মী, ইন্দষ্ট্রিগী মী, মহৈগী মপান চাজবা মী, কলেজ তমজবা ছাত্র ছাত্রী, মীখাথাবা থবক তৌবা মী, পোপুলাব গভর্ণমেন্ট পুরক্রবা কন্না হোৎনবা অচৌবা থবক তৌবা অফিসারশিং, অসিনচিংবা মী পুম্নমক্তা, বৃটিশ রাজ হৌজিকফাওবা কায়দনা থবক তৌরি হায়না খংহনগদবনি লোয়নননা মসি ঙাক্লা চৎহনগদবনি। বৃটিশ রাজগী মী খুদিংগী তুংগী ফীবম, মখোয়না পামজবা অদুগী খুদোংচাবা পুম্বা, বাজ অসিনা খন্নগদবনি; অদুন্নদি ওইবগা ভাবতকী মপানদগী চংলকপা মতম খরদং লৈরবা মীওইগী মরমদা করিমতা খন্নরোই। মন্ত্রিশিংগী সেক্রেটরী ওইনা হান্না থবক তৌরম্বশিং অদুনা হৌজিক গর্ভণরগী হেক ঙমথংদা লৈদুনা অফাওবা লৈঙাকপা শারে; মহৌশা অচৌ অশাংনা তৌরম্বা অদুগুম্না অমুক হন্না রাজাও ঙাংলমই। ডিষ্ট্রিক মাজিষ্ট্রেটশিংনা মাগী মাগী লমদা, জর্ম্মণ নেশনেল শোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী ডিষ্ট্রিক ওর্গেনাইজেসনগী মকোক ওইবশিংনা তৌরম্বা অদুগুম, কুসি তৌরমই; পুলিসশিংনা মহৌশাগী হৈনবী অদু অমুক হঞ্জিন্দুনা মনিংমখা তৌবা হৌরমই, মখোয়না নত্তবা লমচৎ চৎলবা ফাওবদা মথক্তা লৈবা অচৌবশিংনা মখোয়বু ঙাকপীগনি, কনবীগনি অমসুং মতেং পাংবীগনি হায়বা মখোয়না খংলমই। পুম্নমকসি নমহৎনবা লানগী লৌচিন থাহল্লমই।

অসুম্না তৌরকপা অসি, কঙ্গ্রেস গর্ভণমেন্টকী থবক্তা অফ-ফত্তা ইবম্না ঙাংলম্না মীওই কয়ানা, কয়ানা, অকীবা ৱাখলগা লোয়ননা যেংলমই। হান্না লৈবম্না সবকাব (কঙ্গ্রেস সরকাব) অদুনা তৌবম্না অফবা গুণশিং অদুবু হৌজিক্তা নিংশিংনবকলি। অদুগুম্না সবকাবগী মীওইশিংনা থবক থাদোকখিবা অদুদা য়াম্না নুংঙাইতবা ফোংদোকখি। মখোয়না হায়বা মতুংইন্নদি থোক্লবা অমা লাক্লবসু, মখোয়না অদুম য়ান্নদুনা লৈবা তাবমই। ঙকনিংঙাই ওইবা মবম অমনা, মসি পুম্নসি মুস্লীম লীগকী মেম্বব ফাওবনা (হৌজিক) উরকলি।

মসিপুম্নসি কঙ্গ্রেস নত্তবা কাংবুগী, অমদি কঙ্গ্রেস সবকারবু হুল্লম্না কাংবুগী, থোইনশিংনমক ওইবমলবদি কঙ্গ্রেসকী মেম্ববশিং, কঙ্গ্রেসপু নুংশিবা কাংবু অমদি লৈজিসলেচবগী মেম্ববশিংনা তৌজবম্না নিংথিনা নিংশিংনফম থোকই। মন্ত্রিশিংনা মখোয়গী অফিস কাদবতনি, লেসিসলেচবগী মেম্বব ওইবা তোকপদি নত্তে, লোয়ননা স্পীকবশিং অমসুং লেজিসলেচবশিংগী মেম্ববগী ফম থাদোকপমক্তি নত্তে। অদুম্নদি ওইবগা মখোয়বু নাকল্দা ইম্বোক্তুনা থম্বনি, মখোয়বু থৌশাবীদবনি লোয়ননা নৌনা মীখলসু তৌহন্দবনি। অশেংবমক সংবিধানগী য়েংলুববদি, মসিপুম্নসি খাংদুনা লৈথোকপদা লায়না থোকলমদে, লৈবাক অতৈদা ওইবমলবদি অচৌবা ৱাথোক ওইবমগদবনি। লৈবাক অমগী, মবৈবোর্কনিংবা,মবিংজেল মথৌনাগীদমক লেপলিবা, ৱাখল অমসুং থবক্তা মবৈবাক নিংতমহন্নবা লাম্ছেংনবকপগী শাংলবা বেকর্ড লৈববা কঙ্গ্রেস কুম্না, তৌবা ঙম্না শক্তি লৈববা লালহৌবগী লম্বীদা খায়বোক খোং-থাংজিল্লবা, কাংলুপ অমনা, মতোমতা হায়না-হুম্না তৌনিংবতা তৌবা মী অমতগী লৈঙাকপু ইংনা তপ্পা য়াবা ঙমগদবা নত্তে। থোক্লিবা থৌদোক অসিগী, মকওইনা ওনশিন্দুনা নম্ফুদা তকশিল্লকইবা অসিগী ভাবক ওইনা কদৌঙৈদসু য়েংদুনা লৈথোকপা ঙমগদবা নত্তে। লেজিসলেচববু নমশিনবা, সাধাবণ প্রজা মীযামগী তৌফম থোকপবু উশিন্নদনা লৈদুনা থৌশাদবা, লোয়ননা ভাবতকী মবীদা বৃটিশ সবকাবনা শান্নাববা পোলিসি পুম্না অসি, মাইযোক্লদুনা তৌফম থোকপা থবক তৌবীনবা অতৎ অথম লৈতনা অকনবা দাবী তর্কশিল্লস্মী।

ভাবত্তা তৌফম থোকপা তৌবা অমদি মখোয়গী লানগী অপাম্না কান্নবা হায়দোকপা, ফোংদোকপা অসি, বৃটিশ সবকাবনা অপাম্না কান্নবা হাযদোকপা, ফোংদোকপা অসি, বৃটিশ সবকাবনা যাদ্রবা মতমদা, কঙ্গ্রেস ৱার্কিং কমিটিনা লাওথোক্লমইঃ– "(কঙ্গ্রেসনা) তাম্লিবা দাবী অসিদা পীরকইবা পাওখুম অসি কবিমতা পেন্দে; বৃটিশ সবকাবগী মিচং চংদুনা শেবান্নবা অমা পুবক্লবা লোযননা মকওইবা মীওইবনা তৌফম থোকপা পুম্ববু উৎনা-ৱাইনা কুপশিন্নবা হোৎনদুনতা লৈবে । অসুম্না হোৎনবিবসে লান তৌবগী অপাম্নগা অনিংবদু হায়দোকনিংদদুনা হায়দোক্তনবা হোৎনবনি লোয়ননা ভাবতকী নিংতম্না পীদনবা হোৎনবনি; কান্নদবা হীবম কয়াদা শায়দাংদুনা ভাবতপু লোয়লম ওইনিংদুনা লৈবাক অসি ওন্নতৈনা খনবা মীওই কযাগা চুংশিন্নদুনা হোৎনবনি হাযনা কমিটি অসিনা লৌই। লানগী অহোংবা অমদি মদুদগী থোবকপা খুদোংথীবা মকওইনা মখোযগী লমচৎ শাজত্তগী থোবকপনি হায়না কঙ্গ্রেসনা লৌই; শিংনবগী নাওংদগী মদুগী খুদোংচান কঙ্গ্রেসনা লৌবমদে। মবী লৈনবা অতৈ ৱাহং খন্নট্রিঙৈদা লান তৌনিংবগী মবম অমদি ভাবতকী নিংতম্নগী মতাং, অপাম্না মওংদা মেন তানা খন্নথোক্লদবনি। প্রজাগী মীহুত্তা পীথোকপা লৈঙাক শক্তি পীদ্রবদি শাসন শিন্নবা মতমদা, অমা অমনা ওইববসু কঙ্গ্রেসনা লৈঙাক থৌদাংগী দাযি লৌবোই।"

কঙ্গ্রেসনা মখাতানা হায়বমই, বৃটিশ সবকাবগীতা য়েংদুনা লাওথোবকপা অদুনা মবম ওইদুনা বৃটিশ পোলিসিবু কঙ্গ্রেসনা য়াদবা তাখি নন কোওপবেসনগী (মতেং পীদবগী) অহানবা চৎশিনবা ওইনা প্রোভিন্সশিংদা লৈবিবা কঙ্গ্রেস সবকাবগী মীওই পুম্না থবক থাদোকখি। নন-কোওপবেসনগী নিয়ম চেৎনা ঙাক্লা চথবমই; অদুগা বৃটিশ সবকাবনা মখোয়গী পোলিসি শেমদোক্লিবা ফাওবা লেপ্তুনা চথবা তাবমই। "অদুমওইনমক, সত্যাগ্রহগী তৌফম থোকপা মওং পুম্না লেপ্পা লৈতনা চথগদবনি হায়না কঙ্গ্রেস হায়বা মী পুম্নমক্তা ৱার্কিং পার্টিনা নিংশিংলমই; লোয়ননা মসিমসু হায়রমই, মাইয়োক য়াবিবা কাংবুগা যাম্না লেম্না মওংদা য়ানবা অমা পুবক্লিবা ফাওবা ;নিংহন্নবোইদবনি ------। কঙ্গ্রেসকী মায়োক্তা বৃটিশ গর্ভণমেন্টনা থোঙ থিল্লববা ফাওবদা য়াম্না লেম্না য়ানবা অমা পুবক্লবা, থিবা য়াবা উপায় ৱার্কিং কমিটিনা লেপ্তুনা থিগনি।"

লৈবাক শিনবা থুংনা লাংতক্কবা পোকপনা, অমদি হৌগৎলকইবা নহারোল্লা খুৎথোক্লবকপা য়ারকপনা, নন-ভাইললেন্সকী (খুৎ থোকনদবা লাঞ্জংগী) মকওইবা হৌবকফম নিয়ম, লৈবাক শিনবা থুংনা, কমিটিনা তক্তনা নিংশিংলমই, লোয়ননা নন-ভাইওলেন্স থুগায়দনবা তোয়না লাওরমই। লৈবাক প্রজাগী আইনগী থোংদা মুক্লবক্লবসু, পুক্লিং তপথনা ইংথনা য়ানিংদবা উৎকদবনি। অসুম্লসু লাওরমই, "সত্যাগ্রহ হায়বসি মীয়াম প্রজাগী অমদি মায়োক্লবিবা কাংবুগী ফনবগীদমক্কি। লান অমসুং লান্দাবকপাগী মখুত্তগী লৈবাক কনবগা, নন ভাইওলেন্সকা, মবী অমতা লৈনদে। বৃটিশ শাসনগী ময়োক্তা, ভারতকী নিংতম তানবগতা, মবী লৈননা লৌখৎলকপা থবক্তদা, নন-ভাইলেন্স শীজিন্নগদবনি।"

পোলণ্ড নৈহৎলবা মতুংদা, ইউবোপ্তা শোক্লবা লাঞ্জাওনা য়ৈশিল্লকপা মতম লাক্লে। মতমদু তৌশিন্নবা মতমনি হায়বা য়াই, মক ওইনা ভাবত্তা, ভাবতকী মীশিংগী রাখলদা লান লাপ্পা লৈ হায়না খন্নরমই, অদুগা ভাবত্তা লৈবা বৃটিশ অঙম অথৌশিংগী মফমদনা, থোয়না হেন্না লাপলমই অদুম্নদি ওইবগা মচাক মথুম পোৎচৈ কয়াদি তাবমই। ১৯৪১ জুন্দা বসিয়াগী মথকতা জর্মান্না লান্দাবা মতমদা, মতমদুদা ভাবত্তা লৈবা কমুনিষ্টনা, মীচং কন্না থোন্না লাক্লবিবা বৃটিশতা, কবিগুম্না মখলগী মতেং অমতা পীবমদে। মখোযগী থবক থানা পুম্নমক থিংখি। নহারোন খবগী মবক্তা নত্তনা মখোয়গী পাঙ্গল কবিমতা লৈখিদে। অদুম্নদি ওইবগা মীয়ামগী পাম্নবকপা (তুংইন্না) য়েংদুনা মখোয়না থৌজিনবগী থবক কন্না তৌবমই; মখুত্তি য়াওদনা থৌজনবতা থংবা কাংবু ওইবমই।

মতম অদু প্রোভিন্সশিং অমসুং সেন্টবগী এসেম্বল্লিগীদমক মীখন তৌবদা লায়না থোকলমগদবনি। মাইকৈ অসোম্দা তশেংনা লান লাক্লমবসু নত্তে। মীবেপ তৌববতদা পুম্নমক শেংলমগদবনি; লৈবাক শিনবা থুংনা অচুম্না ফীবম তাবমগদবনি। অদুবু অসিগুম্না অশেংবা তৌফম থোকপা অসিবু বৃটিশ-অঙম অথৌশিংনা কীবমই, মবমদি তোঙান তোঙানবা কাংলুপকী তৌব ভম্না শক্তিগী মবমদা মখোয়না তত্তনা লৌখত্তুনা অবানবা মবৈ মবা কয়া তৌবদু মসিনা লোযশিনতনবা তাবমই। মবম অসিনা মীখল পুম্নমক লাম্থোকহল্লমই। প্রোভিন্স পুম্নমক মী অমতগী লৈঙাক মখাদা লৈবমই, চহি অহুমতগী ওইনা মী খবতনা মীখন তৌদুনা শেম্না সেন্ট্রেল চহি তরা শাংদোকখি। ১৯৩৯ দা লাঞ্জাও হৌখবনা ফন য়াম্না কুইগ্রবসু, মদুনা মবম ওইদুনা মশাগী লৈজবা মতম অদুদগী চহি অনি শাংদোকখি। চহি অমগী মতুংদা চহি অমা মথং মথং অসুম শাংথহনখিবনা এসেম্বল্লিগী মেম্বব পুম্নমক হনুশল্লকলে, অহন ওইবতনা ফংবা মানমর্য্যাদা ফংনবক্লে, কবিগুম্নদা শিনখিবসু, য়াওবে, কবি অমুক হায়গনি মীখন তৌগনি হায়বা কাওনবক্লে। বৃটিশ সবকাবনা মীখন তৌবা সুকপাম পান্নমদে। পুন্সিগী চৎচবা নিয়ম মখোয়না থুগাযদুনা মাংহল্লমই; পার্টিগী অর্মাদ ভাবতকী শক্তমবু যেক্লবগী নীতি নিযম মখাদা কালি তৈশিল্লমই। মীখন তৌদনা, মখোয়না হাযবা ইনবা কাংলুপ অমদি মী অমবু হেন্না চাওনা অমদি কান্নবা ওইনা লৌবনা মখোয়দা লাযনা থোক্লমই।

মী অমতগী লৈঙাক্লা, হৌজিক, চাওখৎপা ওইনা লৌববা ভাবত অপুন্না, মকওইনা, প্রোভিন্স পুম্নমক চাওখৎপগী নাওংদা থোয়না হেননা কন্না চেৎশিনখ্রে। কঙ্গ্রেসীশিংবু, চুম্না পায়খৎচবা মখোয়গী থবক্কীদমক, জেলদা থাজিল্লমই, লানগী মিংদা মখল কয়াগী খাজনা, নম হানা লৌদুনা, মথক থোংবা অঙম্বশিংগী যানবা চত্নুনা, মখোয়গী থৌজান মখাদা লৈববা অফিসাব মচাশিং অমদি দাকগাশিংনা, নৌহৌ নৌহৌননা ওৎ-নৈবদগী, কনবীনবা লৌমী খুঞ্জাশিংনা লাওনা হৌনা লাওনবক্লি। থোক্লকইবা থৌদোক অদু মায়োক্লনবা কবি তৌবা তাবগে হংনবকখি; ১৯৪০ মার্চ্চ থাদা বিহাবগী মনুংচনবা বামগাডদা, মৌলানা অবুল কালাম অজাৎনা প্রসিডেন্ট ওইদুনা ফর্মখিবা কঙ্গ্রেসকী চহিগী মীফম অদুদা, সিভিল ডিসওবীডয়েন্স (প্রজানা সহযোগ তৌদবা) তমক ভায়রে পায়খৎত্রিবা হায়ববু হায়না খন্নখি। মবম অদুদগী লৌখৎপা যাবা অতৈ কয়া লৌখত্তা মদুগীদমক (সিভিল ডিসওর্বিডিয়েন্সকীদমক) শেমশানবা প্রজা মীয়ামদা লাওথোকখি।

লৈবাক মনুংদা থোকরইবা থৌদোকশিং য়াম্না কুপ্পা খন্নবা হৌবকখি; লোয়ননা খৎনবা শোয়দবা তাবকখি। লাঞ্জাওগী ভাকশেম্নবা লৌখৎখিবা ডিফেন্স ওফ ইণ্ডিয়া এক্ট, হৌরকইবা সাধাবণ ইহৌ লাকশিন্নবা, মীয়াম ফাজিন্নবা, বিচাব তৌদদনা প্রজা মীয়াম জেলদা নমশিন্নবা, লৈবাক শিনবা থুংনা চলায়বকখি।

ডেনমার্ক অমসুং নোরবে লান্দারকপা, খর লৈরগা অণ্ডকপা ফংনা ফ্রেন্স কায়রকপা, পুম্নমকসি খোকহনবা, লাঞ্জাওগী অহোংবা অমা খংহৌদনা থোরকপনা, পুক্লিংদা অকীবা ৱাখল পোকহনখি। মতমসিদা প্রজা মীয়াম্না খম্নরকপসি অমগা (খৎনরকপা মহৌশানি; অদুবু ইংলণ্ডদা বোম থাদরক্তুনা অমাংঅতা থোরকপা মতমদা, ডনক্রিক্কী, হেক মতুংদা ইখং খংহৌদনা ফ্রান্স অম্নসুং ইংলণ্ডগীদমক্তা থিংবা ণ্ডমদনা নুংঙাইতবা ৱাখল মীপুম্নমক্কী ওইনা পোকখি। ইংলণ্ডগী লৈজরম্না ফীবম্না নিকনিক লাওনা মদুনা লৈরবা মতমদা, সিভিল ডিসওবিদিয়েন্স (প্রজাগী ওইবা মতেং করিমতা পীদবা) থবক পায়খৎকদবগী থৌরাং তৌদুনা লৈরবা কন্গ্রেসনা অসিগুম্বা থবক পায়খৎনবা খম্বা ণ্ডমলমদে। ইংলণ্ডনা অম্নাবা খুদোংচাদবা ফীবমদা তারিঙৈদা ভারতনা খুদোংচাবা লৌহৈগদবনি খন্নবা মী খরসু তশেংনা লৈরমই; তৌইণ্ডম্নসুং ইংলণ্ডনা মাং তাকপগী খয়াত্তা দশা তাবদুগী খুদোংচাবা লৌবদু কন্গ্রেসকী লুচিংবশিংনা থাজ্ঞৈমকশেংনা য়ানিংলমদে। য়ানিংদবা অদুমক লৈবাক প্রজাদা লাওথোকলমই। মতম খরগী ওইনা, প্রজানা মতেং পীদবগী মতাং ণ্ডাংনবা পুম্না থাদোক্লমই।

কন্গ্রেসকী ওইনা, বৃটিশ সরকাবগা য়ানবা অমা পুরক্লবা অতোপ্পা মওং অমদা হোৎনরমই। হান্না হোৎনরম্বা অদুনা পাংথোকপদা মতম চংগদবা লৈরবদি লান য়াওদবা য়াদবা-অনিংবদু লাওথোকপগা লোয়ননা ভারত্তা অহোংবা অমা পুবক্লবসু লাওথোক্লবা তকশিল্লমই; অকোনবগী অসিদি তেন্না মপুংফারবনি অদুগা মদু ভারতকীদা ওইগদবনি। মসিনা হায়বদি ভারতনা নিংতম্নবু শকখংনা য়াগদবনি লোয়ননা কেন্দ্রনা ভারত জাতিগীওইবা সরকার লৈগদবনি অদুতদা তোঙান তোঙানবা অপুনবা সহযোগ লৈগনি। অসিগুম্বা তাঞ্জাসিদা বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টনা অনৌবা লেজিসলেসন লৈহন্নিংলমদে। মতম অদুদা চৎনবা আইনগী মনুংদা (আইন মতুংইন্না) ভাইসরোয়না জাতি অসিগী ওইবা সরকার শেম্নবা কন্গ্রেসনা হৌদোক্লমই। হৌদোকইবা অহোংবদু মশানা মরু ওইবনা, এগ্রিমেন্ট (য়ানবা) অমদি কনভেন্সন (খয়দুনা পুরকপা য়ানবা হীবম কয়াগী মখাদা) ইনদুনা পাংথোকপা তারমই। ভারতনা মপুংফাবা নিংতম্নগী তৌরিবা দাবী অদু য়াববদি ষ্টেটুটোরি অমসুং কষ্টিট্যুসনগী অহোংবা শরুক্তা কোন্না চখবা তারমই, লোয়ননা মখাতানা খন্নবা অমদি হেন্না খুদোংচাবা অদু ভায়বা তারমই। হায়নরিবা অসিনা য়ানরবদি শোক্লরিবা লাঞ্জাওদা মপুংফানা মতেং পীবা তারমই।

সি রাজাগোপালচারিনা লৌখৎলকইবা ৱাহৌদোকশিং অদুনা ইতত্ততনা হয়া হন্না তালম্বা দাবীশিং অদুবু নমথখি; ঐখোয়না মতম শাংনা তাল্লম্বা দাবী অদুদগী হৌদোক্লকইবা ৱাফম অদুনা খরমখৈ হন্থরমই। আইনগী লমদা অরুবা কবিমতা য়াওদনা হায়রিবা ৱাফমশিং অদু য়াম্না থুনা থবক ওইনা পাংথোকপা য়ারমই। মরুওইবা লমজিং থংবা অতৈ কাংবু ফুরুপ অমদি পার্টিগী অনিংবা অপাম্বা অদু হাযরিবা ৱাফম অদুনা শুপচিনবা য়ারমই; মরমদি জাতিগী ওইবা সরকার অদু তশেংনমক মীয়ামগী ওইবা অপুনবা সরকাব অমনি। ভারত্তা লৈরিবা বৃটিশ সরকারগী তোপ তোপ্পা ফীবম অদু মখোয়না কুপ্পা খন্ন-নৈনরমই। জাতিগী ওইবা সরকারগী ৱারেপ অদু ভাইসরোয়না য়ানিংদবা লোয়ননা ককপা ণ্ডমদ্রবসু ভাইসরোয়দি লেংদনা অদুম লৈবা তারমই। লৈঙাক মকোক ওইনা মহাক্লা লৈবনা জাতিগী ওইবা সরকারগা চান্ন-চিন্ননা লৈনফম থোকপা মবী তৎহনদবগী ৱাফমদনি। লাঞ্জাওগী তৌফম থোকপা থৌরাংমখৈদি কমাণ্ডর ইন-চীফকী মখাদা লৈজবতনি; অদুগা লৈবাক লৈঙাকলোনগী চুরবা মফাংনরবা, বৃটিশনা শেম্বা শরুক্তি, অদুম লৈরমই। লৈবাক ঙাকপদা অনৌবা হৈনিংবা পোকহনবা, অনৌবা শক্তম, পাঙ্গল থোকহনবা লাঞ্জাওদা মীয়াম্না য়ানিংনা মতেং পীবা হেনগৎলকপা লোয়ননা লৈবাক্তা মায়োক্লরম্বা থৌরম কয়া পায়খৎপনা, অহোংবা লাকইবা অদুগী মরুওইবা মহৈনি। লাঞ্জাও লোয়রবা তুংদা ভারতকী নিংতম্বা পীবগী শোয়ররোইদবা অককপা ৱাফম লোয়ননা ওইরকইবা অহোংবা অদুনা ভারত্তা মীয়ামগী মরুওইবা থাজবা অমা পোরকখি মদুনা লাঞ্জাওদা মপুংফানা মতেংপাংবদা লায়না থোকহনখি।

মহৌশা খুৎথিবা কয়া থেংনখিবা অমদি হায়দোকখিবা লাওথোকখিবা কয়া লৈবনা ৱাফম অদু কন্গ্রেসনা মীয়ামদা পুথোকপদা লায়না থোক্লমদে। জাতিগী ওইবা সরকারবু অসুম্না শাগৎপা অমদি মপাঙ্গল পীকহনবনা শোম্বনা লিংবনা করিসু তৌবা য়ারোই, কান্নরোই হায়না খংলমই। কন্গ্রেসকী মনুংদা য়ানিংদবা য়াম্না য়াওরমই, খুদোংথীবা কয়া নংলবা

অমদি লাংতক্লবা কয়া খল্লবা তুংদা ঐহাকসু কায়নথংদা মদুনা চুমগদবমাল্লে হায়না য়ানিংলমই। পৃথিবীগী জাতি পুম্নগী খল্লুবনা ঐহাক্লা মরুওইনা য়ারুবনি; অদুগা পুকচেন শেংনা পুকচেন চাওনা খন্নবমক তারবদি ফোসিজম অমসুং নাজ্জিমগী মায়োক্তা ঐখোয়না চোংথোক্তুনা লাম্থেংনবা অসিমক ঐহাক্কী অপাম্বনি।

হেয়া চাওবা খুদোংথীবা অমা ঐখোয়গী মাংদা থিংদুনা লৈরমই; মদু গান্ধিগী য়ানিংদবনি। য়ানিংদ্রিবসি মরুওইনা লান শোক্লবা পাম্দবা মহাক্কী ৱাখলদগীনি। লাঞ্জাওদা মতেং পাংগে হায়না ঐখোয়না অহানবা য়াবা অদু মহাক্লা করিমতা থিংখিদে; অদুম্নদি ওইরগা মদুগী মরমদা মহাক মতোমতা ইনুং-নুংঙাইজদে হায়বসে করিমতা চিংননিংঙাই লৈতে। লাঞ্জাও হেক হৌরকপমক্তদা মহাক্লা ভাইসরোয়দা হায়রমই, কক্সেসনা, ৱাখলগী অচুম-অরান য়েংদুনা, চুমই হায়বমখৈ মতেং পীবা ঙমগনি; তোইগুম্বসুং মমৈথংদা তত্তনা হায়নরকপা মতুংইন্নদি মদুমক কঙ্গ্রেসকী ফীরেপ ওইরোই। লাঞ্জাওদা য়াওদুনা লান শোক্লবগী অকনবা থৌদাং লৌগনি হায়না কঙ্গ্রেসনা য়াবা অদুগী ময়োক্তা মহাক্তি তশেংনা শিখাং খাংনা লৈরমই। মসিগী মতাংদা মাগী মরুপ মপীজাশিংগা কায়নবা লোয়ননা কঙ্গ্রেস ওর্গেনাইজেসন্দগী তোকপা তানা মহাক্লা অরোয়বা ওইনা খল্লমই। ঙসি ওইরিবা কঙ্গ্রেস অসি মহাকমক্লা শেমগৎচবা ওইবনা মহাক্লা লোয়নরিবশিং অদুগা থম্মোই শোক্লা য়াম্না ৱানা কায়নহনবা তারমই। লাঞ্জাও মতাংদা মহাক্কী অহিংসাগী নিতি নিয়ম শীজিন্নবদু কঙ্গ্রেসনা পায়খৎলকইবা থবক মতুংইন্না য়াবা ঙমলমদে; বৃটিশ সরকারগা যানবা অমা পুরক্লবা মথৱাই য়াওনা হোৎনরমই, অদুবু কঙ্গ্রেসতা মতম শাংনা য়াওমিন্নরক্লবা নুংশিজরবা লুচিংবা অসিগা কায়নবগী শাংলবা পনখৈ অদু লাক্লমই।

ঈরম কয়াদা লৈবাক অসিগী ফীবম থোয়না ফৎচিল্লকত্রে। রাজনিতিগী মিৎয়েংনা অদু লায়না উরমই। লানগী ফীবমনা শেম্থুমগী লমদা লৌমী অমদি শিন্নমীশিংগী মনুংদা অয়াম্বগী অবস্থা খরমখৈ ফারবসু অয়াম্বদি থীনা শোর্কচিল্লমই। তশেংনমক নুংঙাই য়াইফবম্না, কান্নবা ফংলম্না মীওইশিংদি লাম্দা শেন্দোং চাওনা তালহৌবা, ঠিকাদার, অফিসকী থবক তৌবা কাংবু মরুওইনা লানগী থবক্তা চংদুনা তলব চাওনা চাবা বৃটিশ কাংবুনি। শেন য়াম্না ফংনবা লম্বী কয়া পুথোক্তুনা পামহনবনা লান য়াওনিংবগী অপাম্বদু হেনগৎহনগনি খনবনা সরকার অদুগী চাওরাকপা ৱাখল ওইরমই। শেঙ্গা-থুমজা, মীচং মীখায় নায়বা অথিংবা তৌদবা খুর্জ্জি থারমই, করিমতা থিংলমদে। মসিগী মতাংদা অফ-ফত্ত খন্নবসু লান য়াওহন্দনবা তৌবনি হয়না লৌরমই, মরম অদুনা ঙাং শকপা, য়েৎনববু ডিফেন্স ওফ ইণ্ডিয়া এক্টকী আইন চলায়দুনা নমথরমই, থিংলমই। মসি য়েংবদা মিৎ নানিংঙাইনি।

বৃটিশ সরকারগা য়ানবা অমা অমুক কন্না পুরক্লবা, থৌদোকশিং অসিনা, হেক ঙমবমখৈ হোৎননবা ঐখোযবু তকশিলহল্লমই। করিনা খুদোংচাবা ওইগদৌরবা ? মদুমক্লা হেক ওইগনি হায়বদি নত্তে। মীরোন অনিরোন হেয়া ফংলক্লবা অথিংবা লৈতবা অমদি অফ-ফত্ত খন্নবগী নিংতম্বদু, মরাতানা থবক তৌরক্লবা ওর্গেনাইজেসন পুম্নমনা ফংলমই। মখোয়নবু য়ানিংদ্রবদি বিচাব তৌবা তৌদবা লৈতনা, মী অমবু জেলদা হেক্তা নর্মশিনবা ঙমলমই। প্রোভিন্স পুম্নদা গর্ভণনশিংগী অথিংবা লৈত্রবা শক্তি অর্মদি মপাঙ্গল লৈরমই। থোক্লমইবা থৌদোক্লা মখোয়বু নমদুনা তৌহনবা নঙা অহোংবা অসি পুরকপদা কবম্না মখোয়না যাগদৌরিবনো ? নিংথৌপানবগী লৈঙাকশিংগী খ্বাইগী মকোক্ত, মতাক্কী অচৌপা ফমথোনবু ইকাইখুম্নরবা, পাক-শন্না চাওনা পাংথোকপা কুম্মৈফিয়োং কয়ানা, মতিক মগুণ হেনগৎহন্দুনা লোর্ড লিনলিডগোনা ভাইসরোয় ওইনা লৈরমই। মশা চাওশাংনা লেম্বা, তহা তহাদবা, চীংগুম চীংলেম্বা চীঙ্গাওগুম থৌশাদবা, বৃটিশ-অচৌ অশাংগী থায়নগী ওইবা ফীজেৎ-চাকচা থাদোক্লবসু, মতিক মগুণদি ঙাক্লা চৎলিবা নিপা অসিনা, পুকচেন শেংনা নিয়ম ঙাক্লা, চৈনেনরিবা অসিগী লংলা লংজিন পুথোক্লবা হোৎনরমই। তৌইগুম্বসুং মাগী অথিংবা কয়া অমা লৈরমই; থায়নদগী হৈনরকপা মনাৎনা, মহাক্কী ৱাখলদু লমজিংলি; অনৌবা অহোংবা পুরকপদা নিংহল্লি; মহাক্লা পোল্লকপা, চাওরকপা, লৈঙাক্লকপা ইমুং মনুংগী চৎনবীনা, মতাক্কী ৱাখলবু ঙমখৈরি; মহাক্কী অকোয়বদা লৈবা মীয়াম অমদি মহাক্লা হৈরুবা মহৈ (সিভিল সার্ভিস) দগী খংলকপা, উরকপা অদুতমক মহাক্লা তাই অমসুং উই; রাজনিতি, সমাজ অমদি

বাজনিতিগী নিয়ম মতুংইন্না অহোংবা পুরক্লবা ৱারী ৱাতায় শাবা মীবু মহাক্না থাজদে; ভারত্তা বৃটিশ সম্রাজগী অখোয়বা মীহুৎ অমা ওইনা অমদি শ্বাইদগী থাজবা অমা ওইনা লাকপসিদা মহাকপু থাগৎনিংদবা মীশিং অদু মহাক্না নুংশিরমদে।

নোংচুপ থংবা ইউরোপতা জর্মন ব্রিজক্রেজনা মাংতাকহন্দুনা, লৈবাক প্রজানা অৱাবা তারবা মতমদা, ইলণ্ডদা অহোংবা অমা লাকখি। মিষ্টব নেভিল চেম্বর্লেন চৎখিরমই; মহাক্না চৎখিবনা, হীরম কয়াগী অৱাবা কোকহনখি। পুকচেন চাওববা মাগী হুকুম ময়াথংনা, মশাগী লৈতেং ওইরবা জেটলেণ্ডগী মার্কেসসু অৱাবগী মপী শিষ্টবা তৌদনা, ভারত্তগী চৎখিরমই মহাক্কী মহুত্তা হান্না করিমতা খংদ্রবা মিষ্টর আমেরি লাক্লমই,মহাক্না লাকপসি অর্থ লৈরমই। জাপান্না চীনাদা লান্দাববু, মখোয়না য়ানিংদ্রবদি ভারত অমসুং ইজিপতা বৃটেন্না তৌরিবা অসিবুসু মখোয়না য়ানিংফম থোক্তে, হায়না জাপান্না চীনাদা লান্দাববু কন্না শৌগত্তুনা, হাউস ওফ কমন্দা মহাক্না মবে তৌরমই। * অরানবা মরমগীদমক খংনা খংনা হৈশিংনা, অরানবা তৌরুবা অদুগী মরমদা, মরমচানা তৌবা মরৈনি।

অদুম্নদি ওইরগা, মসিবু তশেংনা অচুম্বনি হায়না য়াখিবা নিপাদি মিষ্টর উইনসন চার্চিল, অচৌবা প্রাইম মিনিষ্টরনি। ভারতকী নিংতমবগী মতাংদা মিষ্টর চার্চিলনা খনখিবা ৱাখল অদু শেংলবনি অমসুং অরেপ্পনি; মহাক্কী ৱাখল অদুমক, ঙহাক লৈতনা তোয়না তোয়না তত্তনা হায়নরমই। নিংতম্বগী মতাংদা অহনবা লৈতনা মাইয়োক য়াদুনা মহাক্না লেপ্তুনা তোমথিন লৈরমই। ১৯৩০ গী জানুওয়ারিদা মহাক্না হায়রমই “ থুনা নত্রগা তপ্পা গান্ধি অমসুং ইণ্ডিয়ান কঙ্গ্রেস অমদি মখোয়না তৌবিবর্শিং অদুবু নখোয়না নৈহৎকদবনি।” চহি অদুগী ডিসেম্বরদা মহাক্না অমুক হায়রমই, “ভাবত্তা লৈরিবা মীশিংগী পুন্সি অমসুং মখোয়গী চাওখৎথৌরাং পায়শিনববু করিগুম্বা অমা তৌদুনসু বৃটিশ জাতিনা থাদোক্কে নিংদে ----। নিংথৌগী লুহুপ্তা লৈতেং ওইরিবা, শ্বাইদগী হেন্না শেংনা লংলবা মমল নাইদ্রবা মনি ওইরিবা ঐখোয়গী লৈবাকশিং লোয়রমশিংদগী হেন্না বৃটিশ সম্রাজগী পাঙ্গল অমসুং মিংচৎ ওইরিবা লৈবাক অসিবু (ভারতপু) হুন্দোক্কে হায়বা ঐখোয়না নিংদে।”

ভারতকী মতাংদা ঐখোয়দা অসুক তোয়না লংশিল্লকলিবা “ডোমিনিয়ন ষ্টেটস” হায়বা মিত্রংগী ৱাহৈশিং অসিনা তশেংনা করি খংহল্লিবনো হায়বদু, মমৈথংদা মহাক্না শন্দোক্না হায়রমই। ১৯৩১ গী জানুওয়াবিদা মহাক্না হাযবমই,” ডোমিনিয়ন ষ্টেটস অসি মখোয়গী অরোয়বা পম্বুংফম ওইনা, ঐখোয়না মতমপুম্বদা খল্লি, তৌইগুম্বসুং লানগী মতমদা ভারতকী মীহুৎশিংনা কনফবেন্স য়াওবগী মওংদা, তশেংনমক হরাও কুম্মৈগী ৱাখলদা নত্তনা, মাংজৌননা য়েংবদা ঐখোয়দা কান্নগদবা মরম চাবা, মতম অমদা, ভরতকী পোলিসি অমসুং নিতি নিয়ম অসি, থবক ওইনা পাংথোক্লবা য়াই হায়বা কনা অমতনা খন্দে” ১৯৩১ গী ডিসেম্বরদা অমুক্না হন্না হায়রমই, “লুচিং পুবেন অয়াম্বনা — মতম অদুদা মখোয়গী মবক্তা ঐহাকসু অমা ওইরমই — ডোমিনিয়ন ষ্টেটসকী মতাংদা ৱা ঙাংলমই — ঐহাকসু তশেংনা ঙাংনবা য়াওবমই;— ঐখোয়না মাংজৌননা উবা ঙম্বা মতম অমদা কানাডাগুম, ভারতকীসু চপমান্নবা সংবিধাননা পীবা বাইট অমসুং সিষ্টেম লৈবগনি হায়বা ঐহাক খল্লমদে। ---------- মহাক্কী সম্রাজদগী ভারত খায়দোকপ্রবসু ইংলণ্ডদা, মপুন্সি চুপ্পদা, অচৌবা শক্তি অমা (গ্রেট পৱার অমা) ওইনা লৈবা তোকপ্রবনি।”

মদুনা ৱাহংগী খুম্বা ৱাববা শরুক্লি। ভারতনি সম্রাজ হায়রিবদু, বৃটিশনা মখুৎচল্লিবা লোয়ননা ওৎ-নৈসিবা ভারতনা, ইংলণ্ডদা মিংচৎ অমসুং মপাঙ্গল পীরমই, লোয়ননা অচৌবা শক্তি পীরমই। পাকচাওরবা সম্রাজ অসিগী মকোক অমদি মপু ওইরিবা মিষ্টে চাচিননা ইংলণ্ডবু উরমদে (ইংলণ্ডবু পাকচাওরবা সম্রাজ অসিগী মপু অমদি মকোক ওইনা উবমই); মবম অসিদগী ভারতপু মনিংমখা তম্বা ওইনা উরমদে। ঐখোয়গী ৱাখলগী লমখৈনুংদা করিগুম্বা অমগুম মতম শাংনা কুইনা ঐখোয়না খল্লক্লবা ডোমিনিয়ম ষ্টেটস অসি, নিংতম্বা অমসুং শক্তিগা য়ামনা লাপ্পন্ত্রবা, ৱাহৈ অমসুং থৌদোক্কী কৰিসু লৈতবা মওং অমা ওইনা মহাক্না শন্দোক্না হায়রমই। ডোমিমিয়ন ষ্টেট অসিগী মপুংফারবা অর্থ অদু ঐখোয়না য়ানিংলক্লিবনি; ঐখোয়না তাল্লিবদি নিংখাতম্বনি। মিষ্টর চার্লিনা খলিবলসিগা ঐখোয়না লৌরিবসিগা অনি অসিগী মবক্তা খেৎনবগী ফরক চৎনবিবসে মপান নায়দবখৈ পাক্লা লাপ্পস্ত্রে।

মহাক্না হায়খিবদু ঐখোয়না নিংশিংই; মহাক অসি মবৈ কনবা, হায়নবা য়াদবা, মীনি হায়না ঐখোয়না খংই। মহাক্না লুচিংদুনা লৈবিবর্মখে ইংলণ্ডদগী ঐখোয়না কবিমতা আশা তৌবা ঙম্লমদে। তবামাপল শুবা খৃষ্টাব্দগী লোয়লম শন্দোকপদা পাম্বা, অনৌবা অহোংবা পামদবা, ইংলণ্ডগীতা ওইবা মাগী শক্তমনি; মখল মথেনগী থৌদোক্না থল্লবা লোয়ননা তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈনবক্লবা অনৌবা পৃথিবীবু মহাক্না মশক খংদবগুম তৌই; অওনবা কয়া লাক্লিবা তুংগী ফীবমসু, মহাক্না খংদবা মাল্লি। অদুমওইনমক অচৌবা থবক তৌবা ঙম্বা, অচৌবা মী অমদি মহাক ওইবমই। খুদোংথীবনা য়ক লাওবা মতমদতা ফ্রান্সকা অমতা ওইনা তিন্নবা, মহাক্না য়াখিবা অদুনা, মতমগী ওইবকপা ফীবম, অওনবা উবকই লোয়ননা য়াওশিল্লকই হায়বা উৎলি; ভাবতকী শক্তমগী মমি মঙোন্দা কন্না তাখি। চাওববা দায়িত্বগা লোয়ননা অনৌবা অহোংবা অমা মাঙোন্দা লাকপগুম তৌবা মহাক্কী হান্নগী রাখল পাকচাওথোকহল্লমই; হান্না খল্লম্বা রাখল, হান্না মানা চুমই নিংলম্বা পুমবদু হেন্না পাক চাওথোকহনখি। লাঞ্জাওগী মতাংদা য়াম্না দবকাব ওইবকপগুম তৌবা মঙোন্দদি খোয়না মকওইবা অমা ওইবকপা, লাঞ্জাওগী মতাংদা পামশিল্লকপদা নত্তনা ভাবতকী নিংতম্বা অসি শোযদনা থোক্লবগদবনি হায়না মহাকপু নমদুনা খংহনখি। ১৯৩৯ গী আগষ্ট থাদা ঐহাক্না চীনাদা লৈবিঙৈদা, মহাক্কী চান্নববা মকপ অমগী খুৎথাংদা লাঞ্জাও থোক্লিবা লৈবাক য়েংলনবা, মহাক্কী অফবা পাওজেন অমা ঐঙোন্দা থাবকখি।

য়াম্না কন্নমক থাজদ্রবসু, থাজ থাজদনা মহাক্না হায়বকপদু, ঐখোয়না য়াখি। যাম্না থুনা বৃটিশ সবকাবনা পাওখুমলকখি। মদু থাঙ্গৈমকশেংনা য়ানিংদবনি (য়ানিংদবগী পাওখুমনি) কবিদি ওইগনি; ভাবত্তা কবিগুম্বা মখলগী শাও শিন্ননিংদবা বৃটিশকী অবেপ্পা অপাম্বনি হায়না ফজবা মওংদা খংহল্লকপনা, ঐখোয়দা থাজবা পোকহল্লমই; মযাই চল্লকপা খৃষ্টাব্দদা (১১০০ দগী ১৫০০ ফাওবগী মতমদা) থোকখিবা থৌদোক্কী মহৈবু কন্না লৌবদুনা তেংখায মচেৎ তাহনবু মখোয়না কন্না নিংলমই) পামলমই। লোয়লম খুদুম চন্না থমববু, কোমথোকহনবদগী ভাবতপু মাং তাকহনবা লোয়ননা সিভিল রাব (প্রজা মশেন লান) তৌনহনবনা হেন্না মখোযনা পামবগুম তৌবমই।

অসিগুম্বা লমচৎ শাজৎ ঐখোয়গী ইথক্তা শীজিন্নবকপনা ঐখোয়দা পুক্লিং নুংঙাইহন্দবা, থমোই শোকপা থোকহনখি; ঐখোয়গী নিংবা কায়হনখি। মতম অদুদা ইনবকপা রাফম অমা ঐহাক্না নিংশিংই, রাফম অদুবু "দি পার্টিং ওফ ডি রেজ" হায়না ঐহাক্না থোল্লমই । ভাবতকী নিংতম ফংনবগীদমক মতম শাংনা কুইনা ঐহাক্না লেপ্পকপনি; অদুবু মী অমা ওইনা, কবিগুম্বা মওং অমদা, ঐখোয চাওখৎপা অমদি নুংঙাই য়াইফনবা শেমগৎ শাগৎপা ঙম্লবোই হায়না থাজবকখি নত্রগা ইংলণ্ডগা চুম্নগী মকপ মপাং ফাবা ওইবোদৌবে অমদি অমগা অমগা মতেং পাংনবগী মবী লৈবোইন্দীবে হায়বগী থাজবা পোক্লকখি। অদুমকপু মখোয়গা ঐখোযগা হান্না লৈনখিবা মবী অদু ঐহাক্না উই, নিংশিংই। হৌজিক ইখ খংহৌদনা ঐহাক্না মখোযগী অমতা ওইবা লম্বী ককনখিবা তাই। ঐখোয়বু অতোপ্পা লম্বী অমা যেংবা তাই।

# মাপলশুবা পন্দুপ

## মণ্ডাশুবা তাংকক

# মীপুম খুদিংনা হায়ব-ইন্দবা

ঐখোয়গী পাঙ্গল থৌনা, অফা অপুন্নবদগী নাম্ভোকহল্লবা, পৃথিবীগী ওইবা লানফমদা জাতি অমা ওইবগী মবিংজেন মথৌনাগী কোন্ননা ঐখোয়বু লংশিল্লকইবা, নিংতমনিংবগী রাখলদা ময়াইকাহনবা পুন্নমক অসি নিংতমহনববু যাবক্তবনা, অবেপ্পা তাহল্লি; থম্মোই শোক্লা ঐখোয়বু নিংব-কায়হল্লি। ঙকচাওথেকপা লোম্দা-পুদা, বৃটিশকী নিয়ম অমসুং পোলিসিবু মশামতোমতা থাগচ্চবা রাঙাং-শাঙাং, ভাবতনা মনিং মখা-তম্ববু দাবী তৌদ্রিঙৈদা দবকাব ওই হায়বা মশিং লাকঙমদ্রবা য়ানগদবা উৎপা রাফম, রাফমশিংদুগী অয়াম্বনা, য়ানফম থোক্তুবা ঙাক ওইবকপা পুন্নমক অসি অমতা ওইনা কোয়নবা থোবক্লে। ইংলণ্ডগী পার্লিয়ামেন্টতা,নাকোয়নবা রাহে রাতা অমদি ঙকচাও থেকপা রাঙাং শাঙাংনা রাবি শানবা, খন্ন নৈনবা, মবৈয়েৎনবা পুম্বসি, হেক য়াবিবমখে মতম শাংনা-কুইনা ভাবতপু লোয়লম ওইনা মখুৎ চন্না থমনিংবা অবেপ্পা অনিংবা রাখলবু উৎন-রাইনা কুপশিন্দুনা থম্বা বাজনিতিগী চলাকনি হায়বসি চুমলবনি। ভাবতকী হকচাং তোংশাংদা লোয়লম মপু ওইবা বৃটিশকী চৌববা খুজিয়া থুম্না য়ৌশিন্দুনা মতম শাংনা লৈখিগনি। মদুমক বৃটেন্না লান শোক্লদুনা তাল্লিবা, পৃথিবীগী জাতি পুম্বগী মথং মনাও মকোক থোংবা তায়বিবা নিংতম অমসুং ডোমোক্রেসিগী পান্দমদুনি।

অতোপ্পা অর্থ লৈবা রাখল অমসু লৈবমই, লাঞ্জশলগী মতুংদা ডোমিনিয়ন ষ্টেটস শুকশোয় শোয়দনা পীনবা নোল্লুকপা দাবী অমা ধর্ম্মনা থাংজিল্লকখি। মদু প্রশান্তা মহাসাগবগী লাঞ্জাও হৌদ্রিঙৈ আ মমাংদনি, থৌদোক অমতদা মদুদা, লাঞ্জাওদা অপনবা কবিমতা পীখিদে, য়েংথিনবা তায়শিন্নববা মতুংদা, মদু থবক ওইনা পাংথোক্লগদ্রা হায়না নিংনবমই। ধর্ম্মনা ডোমিনিন ষ্টেটসতমক তাল্লমই, নিংতম্ববুদি তাল্লমদে। ভাবতা তৌবগুম্না বৃটিশ পোলিসিগী পচ্ছুংফর্মদি ডোমিনিয়ন ষ্টেটস পীবা ফাওবতনি হায়না ধর্ম্মদা তোয়না হায়বমই। ধর্ম্মদি, ভাবতকুম্বা নত্তে, জাতি অমতগী ওইবা লৈবাকনি; অওইববু ওইববসু, তৌশিন্নববু ওইববসু ভাবত্তা বৃটিশনা হান্না থংহনখিবা অপাম্বা অদু, ধর্ম্মগীদা পানশিনলমদে। অদুম ওইনমক অমতা ওইবা দাবীদু যাবমদে লোয়নননা শোয়ববোই হাযবা অয়াবা অমতা পীবমদে। মতুংদা ডোমিনিয়ন ষ্টেটস অসি খজিক লাপথোকখি, ঐখোযগী চহিগা চান্নদবা পৃথিবীগী অতৈ মফমশিংদা মমি শামী পংখন খন্নবকপা রাখল ওইবকখি লোযননা রাহে অসিগী অর্থ চমমর্নাখ। মিষ্টব উইসন চার্চিনা হাযবগুম্না মসি হৌজিক অমসুং য়াম্না থুনা তুংদা ওইবক্‌দৌবিবা অসিগা কাবমতা মবী লৈনদবা থৌদোক অর্মদি অথয় য়াওদবা কবিশু লৈতবা ওইবমই। মবর্মসিনা ভাবতকী নিংতম্বগী ময়োক্তা অথিংবা পীবিবা, ওইথোক্লবোইদবা য়ান মতাং হাপচিল্লকইবা, মখোয়না তৌবিবা অসি, মী খুদিংমক্লা অচুম্বা নত্তে লৌবা যাবা মচং ওইবা শকক কমিতা য়াওদে হায়না খংনববা, অর্থ যাওদবা অবেম্বা ঙাক্লি। অদুগা অচুম্বদি, থোকপা অমা তৌদুনসু বৃটিশনা ভাবতপু কৈদৌনুংদা থাদোক্লোয়, ভাবতনা খল্লিবা, য়োংনা চু পায়বগুম পাযবিবা, অচেৎপা অনিংবা অসি মমূ যৈথেক্কনি হায়বসিনি। অতৈ পুন্নমক পংহায় হায়জিন্দুনা লৈথোক্লবা লাক্লবনি, উকিলনা শাবা রাবীগুমবনি নত্রগা লৈঙাকপগী মীশুৎনা লৈথোক্লবা লাক্লবনি। মোত তিন্নদবা অনিগী মবক্তা খংনবিবা য়েৎনবিবা অসিগী ফলদি মতুংদা শোয়দনা উবকখিগনি।

বর্ম্মদা, বৃটিশ পোলিসিগী ফল, মতম কয়াগী মতুংদা, ঐখোযনা থুনা উনবকখি; ভাবত্তসু মতমনা তপ্পা তপ্পা লৈশল্লকপনা খংনবা, নুংঙাইহনদবা অর্মদি অরাবা মথং মথং থোকহল্লি। বৃটিশ সবকাবদগী তুক্কচববা অবোয়বা থৌদোক

কয়া থোরক্লবা তুংদা ভারত্তা করি থোক্লকইবা হায়বদু তুম্মিনা লৈদুনা কুম্মৈ য়েংবফাওবা খাংবা ঙমলক্লোয়দৌবি। মাংতাক্লবগী মশক ওইরবা লাঞ্জাওনা তংখায় চল্লক্লবদা মসিমক্লা সরকাব অদুগী অপাম্বমক ওইরবদি, পৃথিবীদা লৈবা মী কোটী কয়ানা থাজদুনা মনিংমখা তমনবগীদমক মশাগী মথৱাই কংথোকনরক্লবা মতমদা তুংদা থোক্লক্কদৌবা য়েংনদুনা য়াওরুবা লাঞ্জাওনসু লোয়শিল্লক, মীয়ামগী অপাম্বগী মতমদা কুইমনখিবনা খন্নবক্লবদা কবি ওইরকপা তাবগে। তাঞ্জাসিদা ভারতকী মফম খুদিংদগী ঐখোযগী মীশিং অখন অখন্ননা ফাদুনা জেলদা নমশিল্লমই; চুম্না তৌজবা, ঐখোযগী থবক খুৎলৌপলহৌরমই লোয়ননা থিংজিল্লমই। অদুগা মসিমসু নিংশিংবা তাবনি, ভাবত্তা লৈবা বৃটিশ সরকাবনা মতম লৈবা খিবিক্তা মবৈবাকপু নুংশিজবা অমদি মরনাই থবক শুজবা কাংবুগী মথক্তা লান তৌই; লৈবাক প্রজাশিংনা মখোয়বু মতেং পাংনিংদবগী অন্দোলন ফাওবা ঙাইঙমদে। মরক মবক্তা লানগী চাওরবা মৈজাও তত্তনা হৌরক্লি; মাইকৈ শুনা লান্দাবক্লি করিগুম্বদা অইংবা কৌবা লৈতে; মতমপুম্বদা লানগী মৈখু কাবি।*

প্রোভিন্সশিংদা কঙ্গ্রেস সরকারনা পাল্লিঙৈদা চেক-মোপ লাওদনা লৈনরমই; তৌইগুম্বসুং কঙ্গ্রেস সবকাবনা থবক হেক থাদোকখিবদগী ইনৌ নৌনা অমুক হৌবকখি; সবকাবগী থবক্তা মবাতানা লৈহৌবা কাংবুনা য়াথং পীবদা, কঙ্গ্রেসনচিংবা মী অমসুং আইন সভাগী মেম্বরশিং ফাদোক থম্বদা মশাগী ওইনা ইতোপ তোপ্পা নুংঙাইজবা (চাওথোকচবা) পোক্লমই।

তৌফম থোকপা তৌবদি মশানা তাবনি; অদুগা কবিগুম্বদা মাইথিবা ঙমদবদি, থবক তৌবা ঙমদবগীনি। মখোয়না ঙম্লক্তবদি ঐখোয়না খন্নদুনা পায়খৎলকপা পোলিসি, প্রজাগী ওইবা মতেং পীবোইদবনি হায়না অসিদগীনি। ইখং খংহৌদনা অহোংবা অমা পুবক্তনবা চেকশিনবা য়াবা মখৈ চেকশিল্লমই; সিভিল ডিসওবিডিয়েন্সকীদমক (প্রজাগী ওইবা মতেং পীগদবগীদমক অককনবা অখন্নবা মী খন্দোক্লম্মী। মীয়ামগী ওইবা মখলগা খেৎনবা ওইনা অখন্নবা অককনবা মীতগী ওইবা সিভিল ডিসওবিডিয়েন্স হায়না খংনবমই। অশেংবমক মদু প্রকৃতিগী (মহৌশাগী) ওইবা মীওইবগী অৱাংবা থাক্কী চৎনবী-হৌনবী ওইবা য়ানিংদবা অথিংবনি। সবকাবগী থৌশিন মথক মখা ওন্ননবা হোৎনবা পুম্না, ৱাখল চংনা ঐখোয়না থাদোকপা, অমদি ওৎলুরিবা মীশিংবু ইবাইলাযনা জেলদা চংননবা তৌকবিবসি, বাজনিতিগী ওইবা মিৎযেংদদি মবিংমবাংবা ওইনা থোক্লমই। মদু বাজনিতিগী খোংজং নত্তে নত্রগা অতৈ লৈবাক কযাদা তৌনবিবা লালহৌবগী খোংজংসু নত্তে। অদু ওইদুনসু মদু মীওইবগী মীনুংশিগা, লালহৌবগী পোলিসিগা, অমতা ওইনা পুনশিল্লবা, গান্ধিগী লমজিংনি; অসিগুমবা খোংজং হেক থোবকপদা মহাক্তনা মতমপুম্বদা হেক্তা লুচিংবা ওইবমই। বৃটিশকী পোলিসিবু যানিংদবা মতমদা, ঐখোয় ইশাগী অৱা অনাবু ইশানা হবাওনা শকক য়াদুনা য়ানিংদবা উৎপা, ঐখোয়না পামইবদু উৎপা, লোযননা ঐখোয়না পামজবিবদুনা অৱাবা কবিসু থোকহননিংঙাই ওইদে উৎপা, অসিমক মহাক্লা পমজবা নিযমনি।

মী খুদিংমক্লা প্রজাগী ওইনা মতেং পীবোইদবনি হায়বা খোংচং অসি মী খব-খবতগী ওইনা পাযখৎপা হৌবমই; নিপা নত্রগা নিপীনা খোজং অসিদা শকক য়াদ্রিঙৈদা শকক যানিংবা মী খুদিংমক্কী চাংয়েং অমা লৌবিবদু পাস তৌবা তামরই। অখন্নববা মীশিংনা সবকারগী হুকুম থুগায়বমই; মদুগীদমক মখোয়বু ফাবমই, জেলদা নমশিল্লমই। ঐখোযগী হান্নদগী চৎনরকপা ওইবনা মকোক ওইবা মীওইশিংবু ইহান হান্না খল্লমই — কঙ্গ্রেস একজিক্যুটিভকী মেম্বরশিং, প্রোভিন্সশিংগী সরকার পুরুবা মন্ত্রি তোক্লবা কাংবু, লেজিসলেচবগী মেম্বরশিং অমদি ওল ইণ্ডিযা অমসুং প্রোভিন্সকী কঙ্গ্রেস কমিটিগী মেম্বরশিংবু ইহান হান্া খনগৎলমই। অতৎ অখম নায়দনা মীশিং হেনগৎলকপনা মমৈথংদা নিপা নিপী লিশিং কুনমঙাদগী কুম্না রোম জেলদা চংলমই। মদুগী মনুংদা সরকারনা তোকহল্লবা ঐখোয়গী প্রোভিন্জসকী লেজিসলেটিফকী মেম্বরশিং লোয়ননা স্পীকব ফাওবা মখোয়গী মনুংদা য়াওবমই। ঐখোয়না খঞ্জবা মীশুৎপু মখোয়গী মথৌ তৌহন্দ্রবদি, সুপ্রম শাসন মখাদা মেম্বরশিংনা থবক তৌবোই, মদুগী মহুত্তা মখোয়গী জেলদা লৈবনা তেন্না ফৈ হায়না ঐখোয়না উৎলমই।

চপচানা প্রজাগী মতেং পীদবগী অন্দোলন তৌবা মীশিং অদুদা নৎতনা মী লিশিং কয়াবু বা ঙাংউবগী নত্রগা অতৈ থবক তৌরুবগী ফারমই, দণ্ডি পীবমই, বিচার তৌদনা ফাজিন্দুনা থনমই। বা ঙাংউবগীদমক অহানবা হৌগৎলকপদা ঐহাকপুসু ফারমই, চহি মরি ফাদোক থনমই।

১৯৪০, অক্টোবর থাদগী হৌনা চহি অমরোম মী পুম্নমক জেলদা থনমই। লানগী মতাংদা, ভারত অমদি পৃথিবীগী মবমদা থোকপা থৌদোক নচিংবা হেক ফংইবা মচাকমখৈ চৎহন্নবা ঐখোয়না হোৎনরমই। প্রাসিডেন্ট রুজভেল্ডকী ফোর ফ্রিদমস ঐখোয়না পারমই; এটলান্টিক চার্ত্তরগী মরমদা ঐখোয়না তারমই; চার্ত্তর অদু ভারতকী মতাংদা চৎনবা য়াবোই মিষ্টর চার্চ্চিয়লগী হৈ-শিংলবা বাফম য়াম্না থুনা তারমই।

১৯৪১ জুন থাদা হিটলাবনা খংহৌদনা রাসিয়া লান্দারকপা ঐখোয়গী থম্মোইদা পাল্লমই; খৌরাংনা পান্নগা লোয়ননা লানগী লাম্ছোংদা অহোংবা পুরকপা অদুবু ঐখোয়না তুংইল্লমই।

১৯৪১ ডিসেম্বর তাং ৪ দা ঐখোয় অয়াম্বা জেলদগী থাদোক্লমই। মদুগী মতুং হুমনি চনবদা প্যারল হায়বা অমসুং পোসিফিক্কী লান লাকলম্মী।

# মাপলশুবা পন্দুপ

## তরুকশুবা তাংকক

# প্যারন হারবারগী মতুং গান্ধি অমসুং অহিংসা

ঐখোয়না জেলদগী থোবকপা মতমদা, লৈবাকনিংবশিংগী ফীবম, (হায়বদি) ইংলণ্ডগী মায়োক্তা ভাবতকী ৱাহং, কবিমতা হোংদনা লৈবমই। ফাদোক তাকবনা তোঙান তোঙানবা মওংদা মীশিংগী হকচাং পোকহল্লমই; খরনা মশা ইতেক তেক্লমই, মশা শোন্থবমই; খববুনা হেন্না কনশিনবা, চেৎশিনবা মওংদা ফাজিল্লমই; অকোনবা কাংবুগী মবিংজেল মথৌনানা প্রজা মীয়ামগী থম্মোইশোকহল্লমই। জাতিগীদমক্তা ঐখোয়না লৈবিবা অদু ফীবম চেৎনা অদুম মবৈমই; প্যাবন হায়বাব অমদি মুদদগী ওইবকপনা অনৌবা ৱাখল পোকহনখি, লোয়ননা অনৌবা ৱাখলগী মবী অমা থোবকই। ৱাখলগী অনৌবা ইপোম অমা লাক্লবা কঙ্গ্রেস ৱার্কিং কমিতি থুনা ফমলমই। মতম অদুফাওবদা জাপানগী অকনবা খোংজং লৈবমম্মি, অদুম্মদি ওইবগা অ্জান মাংহল্লবা, শাথববা মাং-তাকহনবদি থোকই। অবাপ্পদা তৌবা কুম্মৈ ওইনা লাঞ্জওনা লেপলি, মতুংদা ভাবত লোমদা ফুজিল্লকখি লোয়ননা ভাবতপু নুংশিনা চান্না তৌবিখি। কঙ্গ্রেস য়াওবা মীশীংগী থম্মোইদা, মাংতাক্লবগী ওইনা অদুনা শকক য়ানা থৌদাং লৌনিংবগী অপাম্বদু হেন্না হেন্না কনশিল্লকখি; অনৌ বাইহৌ অমা তোপ্পা ফুজিল্লকপদা, জেল চংবগী থবক অদু কান্নবকতবগুম তৌখি; চিংলেম্না তেংবাংনবগীদমক্ চংশিল্লুনবা লম্বেন (থোং হাংদ্রবদা) লৈত্রবদা, কবিনো ঐখোযনা তৌগদবা; তৌগদৌবিবা থবক অদুগী কান্নবা শকক তংতানা প্রজা মীয়াম্মু কবম্না খংহনবা ঙমগদৌবিবা ? কীহল্লবা খুদোংথীবগী, ওন্নতৈনবা অকীবনা, কবিসু য়াবমদে।

হৌখিবা ৱাবী কয়া লৈদুনসু, থৌদোক কয়া থোকত্ত্রবসু লাঞ্জাও অদুদা ঐখোয়গী ইতেং পীনিংবনা লাংতক্লবমই। মকওইনা মদু ভাবতপু ঙাক্লনবনি; লৈবাক অসিদা লৈবা অতৈ কাংবুদা মতেং পীবা ঙম্মবা জাতি অসিতনা ইবৈবাক ঙাকচবা তাবনি; ঐখোয়না মতেং পাংনিংলিবসি ঐখোয়বু মীনাই ওইনা থম্লিবা মীবমচানা হায়দুনা নত্রগা নমদুনা মতেং পীবা নত্তে, জাতি অমা ওইনা তৌফম থোকপনি হায়না মীখুদিংদা খংহনবা তাবনি। চথবকইবা থৌবম অসিদা কঙ্গ্রেস য়াওবা মীশিং অমদি অতৈ মীওইশিংগী খেৎনবা অপাম্বা (মত) অমতা লৈবমদে; অদুম্মদি ওইবগা, ইথা থাজদনা মকওইনা খেৎনবা নিয়ম অমদি থোবকখি। মপান্দা শোক্লবিবা লাঞ্জাও অদুগী ৱাফম মক্তদা গান্ধিজীনা মহাক্কী অহিংসাগী হৌফম ওইবা নিয়মবু মশামক্তা থাদোকপা ঙমখিদে। লাঞ্জাও অদুনা হাকথেংননা নর্কশিল্লক্লবা ফাওবদা, মদুনা মহাকপু অমদি মহাক্কী থাজববু মুক্লবা ওইনা থোকখি। লুশিল্লক্লবা তাঞ্জা অদুদা মহাক্তা ঙমদ্রবা ফাওবা, মযাম্না লৌনাবিবা, মক ওইবা ফীবেপ অমদি থবক্কী পবিং অদু ওইবা য়াই হায়না মহাক্তা থাজবিবা অহিংসা অদু ওইবোই নত্রগা মদু পাংথোকপদা মহাক্তা লান্না চথবনি নত্রগা মদু য়ান্নখিবদগীনি হায়না মহাক থাজৈ। মহাক্তা তৌবা, পাংথোকপা থবক পুম্মমক পাম্বৈ অসিননি হায়না মপুন্সি চুপ্পদা মহাক্তা থাজজববা অদু কদৌঙৈদা মহাক্তা থাদোকপা ঙম্লমদে। অহিংসা অদু থবক্কী শীজিন্নবা অমদি মদুনা পুবকপা মথৈ অদু মহাক্ল লৌগদবনি হাযবসি মহাক্কী থাজজবনি।

১৯৩৮ দা ম্যানিক্কী ৱাথোক্তা লাঞ্জাও থোকহনবা তাবৰা মতমদা, মসিক্কা চপ মান্নবা খুদোংথীবা, য়েৎনবা অমা থোকখি। অকবা ৱাফমদু তেশিন্নখিবা অমদি লাঞ্জাও য়ৈথখিবগা লোয়ননা খুদোংথীবদুসু লৈখিদে। ১৯৩১ সেপ্তেম্বরদা চপচানা লাঞ্জাও থোবক্লবা মতমদ, অসিগুম্বা ৱাফম অমতা থোবকখিদে অদুগা ঐখোয়না খন্নখিবসু লৈখিদে। খুৎথোক্লবা

লাঞ্জাও থেংনবদা মহাক মশামক শরুক য়াবা ঙশ্লোয়, মসিগী মতাংদা মহাক্না নিংইবদু ইকাই কায়দনা কঙ্গ্রেসসু তৌহননিংই হায়না ঐখোয়দা গান্ধিজীনা অমুক হন্না শেংদোক্লম্মী, মদু ১৯৪০ গী কলেম্বানা লোয়শিল্লক্লবা মতমদনি। খুৎ-থোকলদুনা খুৎলায় পায়দুনা লান শোক্লদনবা পীবা য়াবা মতেংমখৈ পীনবা, লোয়ননা পাওতাক পীবা মহাক্না য়ানিংলমই। ভারতকী নিংতম্বা ফংনবগীদমক অহিংসাগী নিতি ঙাক্লা চৎননবা মহাক্না কঙ্গ্রেসপু লাওথোকহন্নিংলমই। লৈবাক অসিদা অহিংসা থাজদ্রবা কঙ্গ্রেস মনুংদা, অতৈ মচাক কয়া লৈরমই হায়বা মহাক্না শেংনা খংলমই; লৈবাক ঙাক-শেনবগী হায়নরকপদা অমদি সিফাই কাংফান লাম্মী, ঈশিং লাম্মী অমদি নোংথক্কী শক্তি শেমগৎপদা মনিংতম্নবা ভারত সরকারনা অহিংসা থাদোকনিংলক্নি হায়বসু মহাকনা খংলমই। তৌইগুম্বসুং অহিংসাগী ফিরান কঙ্গ্রেসকীদমক য়ারবদি ৱাংনা পাইহন্নিংলমই; শান্তি ওইবা থবক্কী মরমদা পাক্লা শন্না প্রজাবু খংহন্নিংলমই লোয়ননা প্রজাগী ৱাখলদা চুশিন্ননবা তমহননিংলমই। ভারত্তা লৈবা মীয়াম্বু সিফাই ওইহনবা উবদা মহাক মিপায়বা পোক্লমই। ভারতনা অহিংসাগী শক্তম অমসুং খুদম ওইহন্নবা লোয়ননা মাগী ভারতকী অসিগুম্বা শক্তমনা লাঞ্জাও অমদি খুৎ-থোক্লবা লেপহন্দুনা ইংনা পোত্থাহনগনি হায়না মহাক্না মং মংলমই। ভারত অপুম্বনা ৱাখল অসিবু লৌদ্রবফাওবদা কঙ্গ্রেসতদি, চাংয়েংগী মতম লাক্লবদা, মসিবু থৌশাদবা তরায়না, থাদোক্লোয়দনি।

নিংতম লাঞ্জংবদা অমদি জাতিগী একতা শাগৎপদা, মতম কুইন্দগী হৌনা অহিংসাগী নিতি নিয়ম শীজিন্নদুনা লাক্লবনি। করিগুম্বদসু মসিগী ৱাংমদা চৎলক্ত্রি; লৈবাক ইরাং তৌরকপদা নত্রগা মীরৈবাক্লা লান্দারকপা ঙাকথোকপদা মসি শীজিন্নবক্ত্রি। ভারতকী লাম্মী চাওখৎহনবদা, মরুওইনা, পুক্লিং চংলমই; লাম্মী ওফিসারশিংবু ভাবতকী চৎনবীদা হৈনহল্লমই। বিজয় অসিগী মতাংদা, ভারতকী মকোক ওইবা আইন সভাদা, ৱারেপ তানবা লাক্লরমই অমদি ৱারেপ লৌরমই। ভারতকী লাম্মীবু অমুক নৌহৌননা শেমগৎনবা অমদি ভারতকী মী ওইনা। মচু শংনবা, শেমগৎপা স্কীন কমিটিগী মেম্বর ওইবা ঐহাক্কী ইপানা কুনশুবা খৃষ্টাব্দগী লুচিংবা ওইরমই। খব লৈরগা মদুদগী মহাক তোকখি, মদু বাজনিতিগী ওইবা মবম খরদগীনি, মদুগা অহিংসাগা মরী করিমতা লৈনরমদে। ভারত লাম্মী মশীং হেনগৎনবা, চেৎশিনহন্নবা, মশীং য়ামদ্রবা, ইরৈমক হায়বমক য়ারবা ঈশিং অমদি নোংথক লাম্মী হেনগৎহন্নবা অমদি ভারত লৈবা বৃটিশ লাম্মীগী মহুৎ ভারতকী লাম্মীনা হেয়া ফবা ফীবমদা মহুৎশিলহৌনবা, প্রোভিন্সশিংগী লৈঙাকপশিংগা তান্ননদুনা, ১৯৩৭-৩৮ দা কঙ্গ্রেস কাংবুনা মকোক ওইবা আইন সভাদা তকশিল্লমই। ভারত্তা লৈবা বৃটিশ লাম্মীগী খরচনা ভারত-লাম্মী খবচত্তগী শরুক মরি হেল্লমই, ভাবত লাম্মীনা বৃটিশ লাম্মী মহুৎ শিল্লবদি, খরচ ইতৌ তৌদনা ভারতকী লাম্মী মশীং হেনগৎহনবা ঙমগনি, নিংথিনা শেমগৎ শাগৎপা য়াগনি। ম্যানিক্কী ৱাথোক মতমদা, নোংথক-লাম্মী শেমগৎ-শাগৎপগী তঙাইফদবদু কন্না খন্নরমই; অদুবু মদুগী মতাংনা অখং-অহৈশিংগী মত অমতা য়ান্নরমদে হায়না সরকার হায়রমই। ১৯৪০ দা কঙ্গ্রেস কাংবুনা মকোকওইবা আইন সভাদা মরুওইনা য়াওরমই মতমদুদা মসিগী মতাংবু তোয়না তোয়না লাওরমই, সবকাব অদু কয়া য়াম্না মতিক চাদবগে হায়বদু, থিন্দুনা তাক্লমই; ভারত ঙাকশেন্নবা ভাবতকী লাম্মী লোইশং শেমগৎ শাগৎনবা তোয়না হায়বমই।

ঐহাক্লা নিংশিবা য়াবমখৈ নিংশিংবা লাম্মী, ঈশিং লাম্মী নোংদোন লাম্মী অমদি পুলিসকা মরী লৈননা অহিংসাগী ৱাফম করিগুম্বা মতম অমতদা খন্নখিদে। নিংতম্বা ফংনবগীদমক চংশিনবা খোংচংতদা মসি শীজিয়ৈ হায়বসি খ্বাইপুম্বনা য়ানববা ৱাফমনি। হিরম কয়া ঐখোয়না খন্নরকপদা মসিনা অঙকপা ফংনা মাইপাকহল্লি, মসি চুম্লবনি; পৃথিবী পুম্বা খুৎলায় থাহনবদা, পৃথিবীদা লৈরিবা জাত্তি পুম্বগী শান্তি পুরকপদা, অমদি জাতি খৎন চৈনরক্লবদা কঙ্গ্রেসপু মসিনা চাওথোকচহল্লি।

প্রোভিন্সশিংদা কঙ্গ্রেস সরকারনা লৈঙাক শাসন পায়রিঙৈদা কলেজশিং অমদি বিশ্ববিদ্যালয়শিংদা মখল খরগী ওইবা লাম্মীগী শিনফম তম্বীবা য়াওহন্নবা কঙ্গ্রেস অয়াম্বনা লাংতক্লরমই। মসিবু অমদি মাইকৈ অসোমদা চংশিনবা অসিবু ভারত সরকারনা য়ারমদে।

মসিবু (সিফাইগী শিনফম তল্পীবসিবু) গান্ধিজীনসু যানিংলমদে, মসিদা কবিমতা চিংনর্নানিংঙাই ওইদে; অদুম্মদি ওইবগা মদুদা মহাক্না খৃৎ থিংজিল্লমদে। লৈবাক তৌবকপা নেমথহন্নবা পুলিসপু লাম্মী ওইনা শীজিন্নবা মহাক্না পামলমদে; মদুদা মহাক্না নুংঙাইতবা ফোংদোক্লমই। মদুনা ফত্না থোকহনগনি হায়না মহাক্না লৌবমই অদুগা ভাবত্তা লৈবা মীশিংগী থম্মোইদা মহাক্কী পাওতাক্না খজিক খজিক ওইনা মবা তাবরক্নি হায়না মহাক্না থাজবমই। কঙ্গ্রেসকী মনুংদা খন্নবিবাসি মহাক্তি যানিংদবানি, মশাগী চাহি কুপ্পা চংলকপদা কঙ্গ্রেসকা লৈনবম্মা মবী অমদি কঙ্গ্রেসকী মেম্বর ওইববু অসিগুম্না যানিংদবসিনা থদংনিংলমই, মদু ওইদুনসু কঙ্গ্রেসকী চাংনবা লৈত্রবা লুচিংবা অমদি পাওতাক পীবা অমা ওইনা মহাক্না লৈখি। ফীবম অদু এখোযদা যাম্না নুংঙাইতে অমসুং পেন্দে; মহাক্কী পাওতাক্কা অমাদ নিতি নিয়মগা চানদবা, মতম মতমগী ওইনা কঙ্গ্রেসনা লৌবা (রাবেপাশং) তোঙান তাঙানবা রাবেপশিং অদু মহাক মশামক্কা মনী লৈনদে, মহাক্কী দাযি নত্তে হাযনামহাকপু খলহল্লমই। মহাক্কা মপাক্লিংদা বাখলগা লৈত্তাদবা অমা লৈবমই লোয়নবা ঐখোযগী জাতিগী পোলিটিক্সতসু লৈতাদবাস লৈবমই; অসিগুম্না লৈতাদবাস জাতি অসিগী লুচিংবা ওইনবা গান্ধিগা ভাবতকাদা ওইদনা পৃথিবী অমসুং মীওইবা জাতি পুম্নগী পাওতাক পাবা গান্ধিগা অনিগী চিংখাযনবা খেৎনবদগী থোকপনি। কনা অমনা চুম্লে হাযনা খংলকপা অপেম্না অদু চপ চানা চৎপগা, পুলিসদা মকওইনা রাজনীতিগী পুলিসদা কান্নগদবা অমদি কান্নবদ পাংথোকপদা চংদবা নিয়ম অদু চৎনগা অনি অসি হান্ননা নাশিন্নকদ্রবা কোম্না অমতা ওইনা পুনাশনবাদ কাদাইদা লায়না থোকতা সাধারণ ওইনদি বাফম অসগাদমক মীওইবনা কাবমতা থৌশানদে। মখোযনসু থাজবর্দি অচুম্বর মখোযনা থম্মোইগা কান্নদনা খমই; অদুগা পুলিসগী কান্নগদবা থবক পাংথোকপদবা নিতি নিয়ম্মু থবক্কী চাংযেং ওইনা থমই। লাইবক শীবনা রাজনীতি তৌবা মীওইশিংনা তোপতোপ্পা মশাগী কান্নবত্না যেংবা কাংলুপ অমা ওইবত নত্তনা মশাগী অমদি মী শানা ওইবগা অপেম্না তৌঈম থোকপদু থম্মোই শেংনা তৌবা মখুদ হাযবা রাজনীতিগী বাফম অসিমক পৃথিবীগী (নিয়মনি) চেনপগাগনি। মখোযনা অচৌব থবক তৌইল্লি, হায়রিবা অতৈদগী পনখৈসু মখোযনা খঙি লোয়নবা অপুনবা খাংনবা থৌশিন্নবসু মখোযনা খঙি। মসিনা মরম ওইদনা চুম্না হাযনা খংহৈবদগী যান্নবা অমা মখোযনা পুবকই অদুগা মদু মতম মতমদদা থোকইবা থৌদোক্তা পানশিল্লি। অসুম্না তৌবাসিদি তৌদ্রবা যাদ্রবনি; অদুম্মদি ওইবগা মসি মতম লৈবা খিবিত্তা খুদোংথানাংতাই ওই, অদুম্মদ থৌশানবা অমানা নাংথবা পাল্লকপা ইথিন লাকই; অদুগী থবক অদ পাংথোকপদা চংদবা যাদ্রে হাযনা নিংবা (অচুম অবান যেংদবা) পথাপ অমদি মচাক অদু পায়খৎপনা মকওইবা থৌশিন ওইনকই।

নিতি নিয়ম খবগী মখাদা, লেংদ্রবা চীংজাওগুম লৈবসু অতৈনা চৎলিবা অদুদা মশামক হেক্ত যাওশিনবা ওম্না, নফম মতমগা তোংলক তোংলকপা মতাংদা ইরোইননা চৎমিন্নবা, অতৈগী মকওইনা প্রজাগী মপাঙ্গল শোল্লি নএগা কাল্ল হাযগে খংনবা, অমদি মহাক্না উবগুম্না মী অতৈনা কদাযফাওবা অচুম্না মাইকৈদা চংশিন্না থবক তৌবা ঙম্নগে হাযনা খংনবা গান্ধিগী শক্তি লৈবমই। তৌইগুম্নসুং যানবগা নমদা কা তেঞ্জিন্না চংশিল্লবদা মশানা কীশিল্লকপগুম মতম মতমগী মতুংইন্না মবক মবক্তা মতাক মশামক হেক হেক হন্দোকই, অদগা মাইকৈ শল্লাই খংদনা চংশিল্লবদগী মহাক্না হেক হেক মশাগী হান্না লৈজবা ফাবমদা হন্দোকই। থবক পাযখৎপদা, মহাক্কী অতুম্না শাক্ত মনুংদা, মীয়ামগী বাখলগা মহাক্কীগা মান্নবকপগুম তৌই অদুগা খবমখৈত্তা ওইববসু মান্নবা তৌই; কবিগুম্না মতমদদি মখুওগী মচিন্না হেল্লি। মহাক্না তৌবা থবক অমসুং মহাক্না ইবদা মান্ননা পেৎনবা উই। মহাকমক্কী মীশিংদা মসিনা চম্নবা পোকহল্লি অদুগা ভাবতকী তৌবকফম মুন্না খংদবা মীশিংনা হেম্ন বৃদ্ধি লৌশ থোকহন্দে।

মী অমগ, জাতি অমগী রাখল অমাদ অপাম্না মতুংইন্না চুম্নগী মী অমতা কযাম্না কান্নবা ওইহল্লিংবা ওইহনবা ঙমগদগে; মসি হাযবদা লুনা থোকই। মী খবনা অকনবা শক্তি শীজিন্নখিবগী মতাং কবিগুম্না ইতিহাসতা পনবা যাওই, মদু হাযজিন্না হেনবসু মযাওই; অদুগা তৌবদি মী খবগী বাখলদা চযেৎনবা যাওবদগী শেংনা, ককপা যাদ্রবা বাতানা চম্মনবা কোকহনবতনি। তৌভক মতমদা ভাবততা লৈবা মীগী থম্মোইদা গান্ধিগী লিচিং মবা চেৎনা চৎত্রবদি; কয়া কুইনা কবমবা মওংদা মসিনা লৈগদবগে হাযবাস মতুংদতা খংবা ঙমগনি। মহাক্না যানবা, মহাকপু জাতিগী লমাজংবানি খনবা মীগী মফমদনি গান্ধিগী বা অমদি লিচিং অসিগী লমখৈ লৈতে মহাক্না যানদবা, মাগী রাফমদা রা অমদি লিচিং

অসিগী লমখৈ লৈতে; মহাক্কা য়ানবা, মাগী ৱাফমদা ইয়েত্ত য়েংপা মীওইশিংফাওবা মাগী ৱা লৌদবদি নত্তে। ভাবত্তা লৈবা মীপুম্বনা অহিংসাগী, মাগী ৱাফমবু মপুংফানা লৌই; নত্রগা অর্থনিতিগী ৱাফমবু য়ানৈ, অসুম তৌদুনা অমবু ওইববসু অতোপ্পা অমবু ওইববসু মীয়ামু মহাক্কা খুদুম চল্লি। ধর্ম্মগী মাইকৈবোমদগী য়েংদুনা মহৌশাগুম্না হাযববসু রাজনিতিগী লমদা অমদি চৎলিবা পুন্সিগী মতাংদা, লমচৎ-শাজৎনা চাওববা থৌদাং লৌই হায়না য়াম্না কনশিন্না মহাক্কা হাযবমই। মাইকৈ অসোমদা পাম্না চংশিনবা মীশিংবু ধর্ম্মগী অচুম অবান্না লমজিংই; অদুগা লমচৎ শাজৎকী লমদা চংশিনবনা অতৈ কয়া'মবুসু খুদুম চল্লি। লমচৎ-শাজৎ অমগী জাতিগী ওইবা থৌদাংগী মতাংদা মীওই কয়া অমবু অৱাংবা থাক্তা থাগৎপা ৱাতৈগা লোযননা থাঙ্গৎলি; মীওই কয়ামবুসু মাইকৈ অসোমদা মখোযগী চিংশিল্লি; হায়বিবা ৱাখল অদুনা লমচৎ শাজৎ শেমগৎপদা অমদি থবক পাংথোকপদা মহৈ য়ানহল্লি। মফম খুদিংগী ওইনবকপগুম্না, রাজনিতিনা কান্নবা থবক পাংথোকপা অমদি খুদোংচাবা ফংহনবা তোকপ্রে; ৱাখল অমসুং থবক্কী মবমদা লেপ্পা নাইদ্রবা লমচৎ শাজৎকী কল্লবা লাঞ্জং অমা চংশিল্লক্লি। থবক অমা পাংথোকপদা চংগদবা মচাক নত্রগা খুদক্কী ওইনা চংদ্রবা যাদ্রবা অমদি আশা তৌনবিবা অসিবু কৈদৌনুংদা হুন্দোকপা যাদ্রবনি; অদুবু অতোপ্পা ৱাখলনা মদুবু যৈফে; লোযননা শাংলবা মতমগী মতুংদা ওইবক্কদবা মহৈবু শাংথনা খনবা ৱাখলনসু মদুবু মাংহল্লি।

গান্ধিগী থাজবনা, মাইকৈ মবিদা শন্দোকখিবনা, ভাবতকী কাচিন কোযা যৌনা শিনবা থুংখি, লোযননা মসিগী খুদম চৌজিক ফাওবা লৈবি। অদুগা মহাকনা ভাবতকী লুচিংবশিংগী মনুংদা তোমথিন ওইবা ইহান হানবা খ্বাইদগী মোক ওইখিবদি মহাক্কী অহিংসা অর্মদি অর্থ সাস্ত্রগী মপান্না নত্তে। ভাবতকী মী অয়াম্বগী মফমদা, মহাক অসি, ভাবতপু মনিংমখা তমহন্নিংবা, মজাতিগীদমক থবক লোংনা মাইবোং য়াবা, মীওইববু উৎকুম খন্দুনা চাওথোকপা মীগী মফমদা কোক, নোঙ্গদবা, জাতিগী মাই ফীকক খুমহন্নবা হোৎনবকপা পুম্নবু কৈদৌনুংদা যাখিদবা মীওই অমগী শক্তম ওইখি। ভাবত মচা কয়ানা হীমব কয়াদা, থৌদোক ৱাথোক কয়াদা মহাক্কা যান্নখিদ্রবসু, মহাক্কী মবমদা যানিংদবা কয়া যেৎনববসু নত্রগা তোপ তোপ্পা হীবম কযা'মা খন্নবকপদা মহাক্কা তিন্ননিংদ্রবসু ভাবতকী নিংতম্বনা খুদোং কথা থিনিংঙাই ওইবক্তুনা মুকনবকপদা অমদি অতৈ থবক কয়া পাযখৎলক্লবদা মীয়াম অদুনা হয় হান্না মহাকপু কোযশিনখিবা মনাক্তা চংলকখিবা পুম্নমক অসিনা মবম ওইদুনা মহাকপু থানবা যাদ্রবা পুম্নমক্কী লুচিংবা ওইনা যেংনবকখি।

১৯৪০ দা লান অমসুং নিংতম্বা ভাবতকী তুংগী ওইনা মবী লৈননা গান্ধিনা অহিংসাগী ৱাফম পুখৎলকপদা কংগ্রেস ৱার্কিং কর্মিতিনা ৱাফম অদু থওইননা মাইপুনবা তাখি। মখোযবু মহাক্কা চথহন্নিংবা অদুক মখোযনা চথবা ঙম্লোয লোয়ননা মপানগী লৈবাক্কা মবী লৈনবকপদা, ভাবত অমসুং কংগ্রেসনা নিয়ম অদুমক মতুংদা চৎনগদবনি হায়না হাযদোকপা ওইথোঙর্বনী হায়না মাঙোন্দা মখোযনা শেংদোক্লমই। মসিনা ৱাফমদুগী মতাংদা মীযামগ মহাক্কা চপচানা য়ানহন্দবা অমা থোকখি। থা অনিগী মতুংদা মখা তানা খন্ন নৈনবনা অমসুং যানবা নিয়ম অমা পুবকাখি, নিয়ম অদুমক ওল ইণ্ডিয়া কংগ্রেস কমিতিনা মমৈদা ৱাবেপকী শকক অমা ওইনা লৌখি। নিয়ম অদুমক্কা গান্ধিনা পামজবা অদুবু মপুংফানা মহুৎমবেং শিনখিবদি নত্তে; অদুম্নদি ওইবগা বিজয় অদু কংগ্রেসনা হায়ফম থোকপনি হায়বমখৈ মহাক্কা যানিং য়ানিংদনা যাখিবা অদু ফাওর্বদি চান্নখি। জাতি অমগী ওইনা (ওইবা য়ুম্ফমদা) লাঞ্জাওদা মতেং পাংগনি হাযবা অযাবা পীবদুবু, মতম অদুগী বৃটিশ সবকাবনা যাখিদ্রর্বনি। মখল কযাগী চযেৎনবা থোবকখি; অদুবু তৌদবা যাদবনা গান্ধিগী অমসুং কংগ্রেস অনি অমগা অমগা যেংনদুনা মখোযগী মবক্তা লৈবিবা পঞ্জাও অদু লৌথোক্লবা অপাম্বা অমা পোকহনখি। মতেং পাংবগী মতাংদা ঐখোযনা হাযজবদু মওংচাদনা শুকয়া য়াখিদবা অদুদা নিয়ম অদু লাঞ্জাওগা মবী লৈনহনখিদ্রে। অহিংসাগী মবীদা নিয়ম অদুনা অইবতা ওইনা কংগ্রেস পোলিসি ঙাক্লমই। হান্নসু হাযপ্রে, কংগ্রেসকী মততি, মতম অমদা, নিংতম্লবা ভাবতনা, মপান লৈবাক্কা মবী লৈনবকপদা কবম্না নিয়ম অসি ঙাক্কদৌবিবনো হাযবর্সিনি ৱাবেপ অদুগী শকক খবা উৎলিঃ-

"স্ববাজগী (নিংতম্বগী) লাঞ্জংদতা নক্তনা, নিংতম্লবা ভাবত্তা শীজিন্নবা যাবা মফম পুম্নদা শীজিন্নবদা অহিংসাগী

থবক অমসুং নিয়মবু ভাবত পুম্বগী কঙ্গ্রেস কমিটিনা চেৎনা থাজে। পৃথিবীনা মশাবু মাংতাকহন্নিংদ্রবা লোয়নননা হিংচা-যাইতম্বা ওইহন্নিংদ্রবা অদুওইববদি পৃথিবী পুম্না খুৎলায় থাদোক্লবা দবকার ওই অমদি অনৌবা অচুম্বা রাজনীতি অমসুং অর্থনীতিগী লেংদবা ফীবেপ অমা শেমবা দবকাব ওই হায়বসি কমিটি অসিগী থাজবনি লোয়নননা হৌজিক পৃথিবীদা থোকইবা থৌদোকশিংনা মযেক শেংনা উৎলবনি। মবম অসিনা নিংতম্লবা ভাবতনা মহাক্কী লৈজবা মখৈ থাদুনা পৃথিবী পুম্বা খুৎলায থানবা তৌগনি লোযননা পৃথিবীদা লমজিংননা ভাবতনা মশামক শেমশাগনি। অসুম্না লুচিংবসি তঙাইফদনা ভাবতকা মপান্দা লৈবা অতৈ লৈবাকশিংগী লৈনবিবা মবী অমদি ভাবতকী ওইনা লৈজবিবা ফীবমগী মখাপোনবনি; অদুম্নদি ওইবগা খুৎলায থা-নবা পোলিসি অসি মহৈ যান্নবা হেব ভম্বমখৈ হোৎনগনি। জাতিগী ওইবা (জাতি মশেনগী ওইবা) লাঞ্জাও লেপহন্দুনা খুলায থাবা লোযননা পৃথিবীদা শান্তি পুবকপদা মহৈ য়ালহনবা তাবসদি অবোযবা ওইনা লাম্থেংনবগী অমদি জাতি মশেন খৎন চৈনবগী হৌবকফম মবম অদু হান্ননা মক ওইনা ফুকতৎপা তারনি। লৈবাক অমনা অতোপ্পা লৈবাক অমবু মখা পোলহন্নিংবা লোযননা মী অমনা অতোপ্পা মী অমবু অমদি মী কাংলুপ অমনা অতোপ্পা কাংলুপ অমবু ওৎ নৈহন্দ্রবতদা হার্যাবিবা মবম (হৌবকফম মবম) অসি মক্ক ফুক্তোকপা ঙমগনি। নিংলিবা অসি থুংনবা ভাবতনা ইংনা হোৎনবা যাবমখৈ হোৎনগনি, অসিগুম্বা অপাম্বা অনিংবসি লৈবনা ভাবত্তা লৈবা মীয়াম্না মনিংমখা তম্না কনাগী মীখা পোন্দবা জাতি অমা ওইবা পামই। পৃথিবীগী শান্তি অমদি চাওখৎনবগীদমক মানংমখা তম্লবা অমনা অমবু আইন্দা চৎনবীদা মশক খংনববা জাতি কয়া অমগী লৈবাকশিংগা চিন্ন চান্নবা তিন্নববা কাংলুপতা (ভাবতকী) আসন্থম্না নাতম্বনা রাহৌদোক ওইগনি।" শান্তিপুবক্লবা থবক অমদি খুৎলায থানবগীদমক চেৎনা লেপ্লবা কঙ্গ্রেসকা অনিংবা ফাংদোকইবা খোল্লাও আসনা ভাবতকী লৈর্জাববা মতিক মগুণ অমদি অপাম্বা অনিংবগী লমখৈব থোযনা হেন্না কনাশলহাল্ল হাযবসিমক শোযদনা উনবক্লনি।

কঙ্গ্রেস মনুংদা লৈবম্না গুলমান অমদু ১৯৪০ দা লৈখিদ্রে অদুবু এখোয অযাম্বা চহি অমা জেলদা লৈবমই। ১৯৪১ গী ডিসেম্বরদা অমুক হন্না গুলমান অদু অমুক থোকখি, মতম অদুদা মপুংফানা অহিংসা পাযখৎনবা গান্ধিনা কন্না তকশিনখি। অমুক হন্না মীযাম্না য়ানবকখিদে লোযননা তোখায তানবা অমা থোকখি, কঙ্গ্রেসকী প্রসিডেন্ট, মৌলানা অবুল কলাম অজাৎ অমদি অতৈ খবনা গান্ধিগী বাখলগী অপাম্বদু লৌবা ঙমখিদে। মতাং অসিদা গান্ধিবু থাজবা মাগী খাংলোয কযা যাওনা কঙ্গ্রেস পুম্বনা পান্ধিবু য়ানিংদ্রে হাযবসি শেংলমই। মতমদুদা ওইবা ফীবমগী ওইবকপা পাঙ্গল অমদি কুম্মে ওইনা থুনা মথং মথং থোক্লকপা থৌদোক্লা গান্ধি মশামক যাওনা এখোয পুম্ববু খুদুম চাখি, অদুগা গান্ধি মহাক্লা চেৎনা খল্লবা মাগী অপুনবা বাখলগা মতাংদা কঙ্গ্রেসতা তকশিল্লম্বদু কোমথোকহনখি, অদুম্নদি ওইবগা কঙ্গ্রেসনা নিংলিবা অদুমক মহাক্লা য়ানিংবদু উৎখিদে।

রাফম অসিমক গান্ধিনা অতোপ্পা মতম অমদা কঙ্গ্রেসতা অমুক হন্না পুথোকখিদে। মমৈথংদা স্যাব ষ্টেফোর্ডনা (রাফম অমা) মশামক্কী ওইবা রাফম অমা পুদুনা লাকপা মতমদা অহিংসাগী রাখল শুকলৈ লৈখিদ্রে। মহাক্কী নাযম ওদ বাজনীতিনা যুম্ফম ওইদুনা খন্নখি। থা পবা লৈবগা ১৯৪২, আগষ্ট থাদা গান্ধিনা পামজবা (নেশনেলিজম) জাতি অম ওইবগী রাফম অমসুং মনিংমখা তম্বগী পবৈ চেৎনা নিংবা অপাম্বনা, ভাবতনা মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইববদি কঙ্গ্রেসনা পাঞ্জাওদা মতেং পাংগনি হাযবা রাফম্বু যাহনখি (স্যাব ষ্টেফোর্ডপু যাহনখি), মঙোন্দদি মসি শিংথানবা যাবা অঙকপা অহোংবা অমা ওইখি; মাসিনা মহাক্কী মপুকনিং রাহনখি মথৌনা হলহনখি। থবাই হকচাং ওইববা, হিংদুনা লৈহন্নবা পান্নে ওইববা, অহিংসাগী নিতি নিযমগা মখোয়গী খুৎখা থানা, শুমদুনা, মখোযগী কান্নবা তৌদুনা অপাম্বা মাংহনবা, ভাবতকী মনিংতম্বগা অনি (রাফম অনি) অসি যেৎনবকপদা অকোনবা রাফম্মা লুম্না থোক্লমই। অওইবমক্ত মসিনা অহিংসাবু থাজবদু চাং রাৎথহনবদি নত্তে। অদুগা মসিনা তাকপদি লাঞ্জাও অদুদা মসি (অহিংসা) শীজিন্নদনবা কঙ্গ্রেসকা য়ানবা পুবক্লবা মহাক্লা হোৎনজবতনি। যানবা য়াখিদ্রবা সাধু অমগী মথক্তা অহানবা ওইনা মতুংফাওবা মখাতানা চৎথবা যাবা থৌদাংবু, থবক্কী লমদা, মচিনা চৎলবা পিনা অসিনা লৌখি।

ওইবা য়াবা, ওন্নতৈনবা কয়া তত্তনা পুবকপা য়ানা, ঐহাকপু অমদি ঐনা পামজবা পায়খৎপা থবক কয়াদা অপনবা পীবা, গান্ধিগী ৱাখলদা তত্তনা মওন মওন খল্লিবা অসি উকবদা অমদি খল্লুবদা, লিৎডেল নার্টনা ইবা লাইরিক্তা য়াওবা ৱাখল অমা ঐহাক্না নিংশিংলকই, "মী অমগী মবুক্তা অকনবা ৱাখলগী ইনোৎনা থোকহনবা থৌদোক্কা নাকোইননা লাকপা ভাবকা, মবী নক্লবা লৈ — মসি মীওইবগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী কল্লবা ৱাখলগী ইথিন-শকক অমনি। মসি অতোপ্পা পাওতাক অমনা পুনশিনবদা লুনা থোকই; কদায় তান্না লৈমজিংগদৌবিবা অমদি মহৈনা (ফলনা) কবি ওইগদৌবিবা হায়বা খনদনা — হায়বদি তোঙানবা অপাম্বা অমা নিংউদনা, অচুম্বতবু খোংগুল লিবতনা অচুম্বা পল্লেপফম য়ৌগনি অমসুং ফংগনি।" কনাগুম্বা অমনা হেক্তা উবা ঙমইবা অচুম্ববু ফোংদোকইবা থবক্কী অবেপ্পা মহৈ (ফল) ওইবিবা অচুম্বা — ধর্ম্ম শন্দোকপশিংনা মীওইবগী নুংঙাই য়াইফদনবা, চাওখৎনবা হোৎনবিব, মক মক ওইবা শকক্কী শাক্ষি ইতিহাসনা ওই। অদুগা মসিমসু শেংলবা ৱাফমনি মদুদি অসিগুম্বা ৱাখলগী অচুম্বা মিৎযেংবু লৌশিনবা অমাদ শন্দোকপা আসমক মতমপুম্বদা মী কাংলুপ অমগী মফমতদা লৈগল্লি, মীশিং অদু দর্শণগী অচুম্বা ফীবেপ ওইবা অচুম্বা, অমসুং মদুবু যেংইবা মীওইবগী মিৎযেং, আনবু চাশিন্নহন্দুনা য়ানবা পুবকপা ঙমইবা "লুচিংবাশিংনি"। মশানা চুমই খঞ্জবদু লাওথোকপদা মশানা চেন্নজবকপা খুৎশা হৈবগী লৌশিং শীজিন্নবদৌনা, অচুম্ববু মখোয মশানা উঙবা ঙম্না ঙমখৈ ফাওবদা ফংবা অদমখৈতমক মখোযগী মহৈ (ফল) তত্তনা ওই।

ধর্ম্ম শন্দোকপা মীবু নুংনা থাজিল্লি; মদু মখোয়গী মবাইবক্ত তমথ্রবান; লোযননা মশানা পেঞ্জবগী চাংযেংনা। তৌইগুম্নসুং নুং চাববা (নুংনা থাজিনবীববা) লুচিংবা মীওইদি, ৱাখল থেনবদগী নত্রগা ধর্ম্ম শন্দোক্লকপা মীওই মথৌগা লুচিংবা অমগী মথৌনা অনিদগী খেৎনাবা ভাব চান্নদবদগী (চযেৎনবদগী) মাগী তৌফম থোকপা থবক পাযখৎলকপদা মাইথীবনি। হাযনা মশানা প্রমান তৌজববনি। অসুম্না ওইজবা থাদোকপগী ফলনা মাইথিবা মান্না (খ্বাইনা) লৈনবসু মশাবু মী অমা ওইনা ইকাইখুম্নজবা লুচিংবা অমা ওইনা ফল ফংব্রা হাযবসি মতমতনা হাযবা ঙমই। মমৈথংদা, লুচিংবাশিংগা মবক্তা তোইনা থোক্কনবা অশোযবা অবানববু মহাক্না খত্তোকই - তৌববা থবক্কী, খুদক্তা ওইনকপা খুদো চাবা খন্দনা, থুনা থবক পাংথোকক্লবগীদমক অচুম্নতমক তম্না থক পাযখৎলি। মবমদি পাযখৎলিবা থবক্কীদমক্তা যেদনা অচুম্নবু নাথৈববা (নাথৈবদা হৈনববা) মী মহাক অদুদি মহাক্কী ৱাখল শাগৎলকপদগী (ৱাখলগী মক ওল্লকপদগী) হৌবদুনা নামা শোযবক্লবনি।

অচুম্নবু ফংননবা তান্নবদা চংশিল্লকপা চাওখৎ-খোংচংগা অচুম্নবু চুমই যাহন্নবা চংশিল্লকপা চাওখৎ খোংচংগা, আন আসবু পুনশিনহন্নবা থবক্কী ওইবা উপায লৈব্রা ? ৱাফম অসিগী ওইবা যাবা পাওখুমদি লেংদ্রবা নিযমগী মমিতনা খন্নগদবনি লেংদ্রবা নিযমতনা পোৎ অমগী লেংদ্রবা শক্তম কাযদনা থমবগী মক ওইববু থিন্দুনা উৎলি লোযননা থোক্লক থোক্লকপা নফম মতমদুগী ফীবমগা চাশিন চুংশিন্ননবগী কান্নবসু তাকই। অনৌবা ৱাখলগী শক্তম লৌবা তাববদি অচুম্বগা ওন্নতৈননা থোবকপা মশানা তাবনি, তৌইগুম্নসুং তানশিল্লকইবা পম্বুংফমলোমদা ৱাখল চিংশিল্লকপদা নাওনা চংশিল্লকইবা খোংচংগী নিযম ঙাক্লমতদা খুবৌ চেলহনবগী চাং হম্বুহনবা ঙমগনি। মতম চংনা শাগৎনক্লবা শক্তমগী মমাংদা খৌশাবা থাদোকউ; অচুম্বগী শাফু তান্না হাযদোক্কুনা চংশিনবা য়াবা লম্বেল লাওনা ফাত্তোক্লনা লেং লৌশিল্লু, খৌশাবা থাদোকউ। নাকোযননা চংবদা অচুম্বদগী লাপথোকখিদনবা চেকশিল্লু; অবানবা চুমদবগী খযাঙা তাখিবনা লাযনা থোকই অচুম্না তম্না চংশিনবনা লুনা থোকই। অনৌবা তোঙান তোঙানবা ৱাখলনা অচুম্বা ফংলকপা তাংককশিং অদু হঙ্গত্তুনা যেংবদা খল্লিবা ৱাখলগী লাক্লবা পবিং অদু লাযনা থোকই হাযবা উবা ঙমগনি; মতম অদুদা হৌবকপদগী নৌবা পোৎ অমা ওইনা মখোযবু উৎপদি ঙম্লোয়; তৌইগুম্নসুং মতম শাংনা চৎনবক্লবা নিযম্বু মতম মতমগী ওইবা মওংদা অমুক চৎনহনবা ওইনা নত্রগা কাওথোকনকববা নিযম্বু নৌহৌননা অমুক হৌদোক্লবক্কুনা উৎপদি য়াগনি। মসিনা মীনম্না দবকাব ওইদে; তৌবতবু লৈনবিবা মবী লৈখুন লিবতনি, হাযনবা লৈ "নুমিৎকী (থোক্লিবা ঙাল্লিবা নুমিৎকী) মখাদা অনৌবা কমিতা লৈতে।"

# মাপলশুবা পন্দুপ

## তরেৎশুবা তাংকক

## ৱাখলগী পল্লেপফম খংদবা

১৯৪২ গী অহানবা থা কয়াদি পল্লেপফম খংদবা ভারতকী ৱাখল হেনগৎলকখি। লাণ্ডাওগী ইবাং নকপা হেঁঞ্জল্লকখি; মতমদুদা ভারত শিনবা থুংনা লৈখ্রবা সত্তর পুম্নদা বোম থাদবকপগী ওইথোকপা লৈবকখি। লান কয়া তকশিল্লকইবা নোংপোক হাবমদা লৈবা লৈবাকাশংদা কবি থোবকপা য়াবি ? ভারত অমসুং ইংলণ্ড লৈবাক অনিগী লৈনবিবা মরীগী মতাংদা, অনৌবা কবি থোবকপা তাবি ? ঐখোয মশেন অমগা অমগা মিৎ চায়দুনা, হৌখ্রবা ইতিহাস, কনানা কবিসু তৌবা ঙমখিদ্রবা, লাইবক্না থীনা তমখ্রবা অৱাবগী খযাত্তা থাখিনা, অসিগুম্বা খম্মোই শোক্লনা থৌদোক কযা নিংশিংলুবনা তোঙান তাহল্লবা খুৎ শা তেকলবা ঐখোয়না মমাংঙৈগী মতৌগুম চংখবা তাবিব্রা ? নৎত্রগা মীপুম খুদিংগী ওইববা খুদোংথীবা অৱাবনা থোঙ মান্নদ্রবা কাংলুপশিংবু অমতা ওইনা পুনশিনবদা তেংবাংগদৌবব্রা ? চোকথবনা হৌনংদ্রবা লাংতক্লবগী ইবাং অমা হৌবকলে; তোকঙানা কৈথেন নুংথেন্দা শাবা শল্লকলে। তুংদা ওইবক্কদবা অৱাবা শঙ্কম্না মখোয তম্না থুনা য়াংনা চেনশিল্লক্কদবা উনবদুনা শেঞ্জাও পাইবা কাংবুনা তুংদা থোবক্কদবসু কানবকখি; মবমদি মখোযনা হৈনজববা সমাজগী ফীবম অমদি সমাজ মনুংদা লৈনবিবা মরীবু তুংদা মথক মখা ওন্থোকপা লাকপগী অকীবা অমদি সমাজদা মখোযগী লৈজবিবা নুংঙাইববা ফীবম অমদি মখোযনা পামজবদু খুদোংথীনিংঙাই ওইবকখ। অদুগা লৌমী অমসুং শিন্নীশিংদি মখোয়গীনি হায়নিংঙাই কবিমতা লৈতবনা মখোয়গী অসিগুম্বা অকীবা কবিমতা লৈবমদ, হৌজিকমক থানা লৈনবিবা অদুদা অওনবা অমা লাক্কদ্রা হাযনা খৌবাংনা য়েংদুনা ঙাইনবি।

ভারতনা চীনাবু মতম শাংনা নুংশিবকপনা, (মদুগী মহৈনা) জাপানবু নুংশিবা খনা ৱাৎখ। পোশফিক্কী লাঞ্জাওনা চীনাবু কান্নহনবা য়াই হাযনা অহানবদা থাজনবমই। চহি মনি মখায় চুপ্না কনাগী (মতেং যাওনা) মপান তাংদনা জাপানগা লান থেংনবমই; হৌজিক্তি মাগী মঙাঙ্গল কনবা মীচং কয়ামকম লৈবে, মসিনা শোযদনা মকোক রাইচিনবা কোকহল্লগনি লোয়ননা খুদোংথীবা মযেং ওতত্রগনি। অদুম্নদি ওইবগা মহাক্কী মীচংশিং অদ চেফু মখং মথ ফংলমই; তকশিল্লকপা জাপান লান্মীগী মমাংদা বৃটিশবা লোযলম সম্রাজ, অঙকপা ফনা থুনা নযি লাকখ। লাখুনা থুমহৎলবা লোযলম অসি যুম্ফম চেওবা, মবন তাওনবা চেনা শাবা যুম অমা ওইবব্রা ? হৌজিক মতমগী লাঞ্জাওদা শীজিন্নবা চংদ্রবা য়াদ্রবা খুৎশু খুৎলায কবিমতা যাওদ্রবা ফাওবা লান্দাবকখিবা জাপানগা মতম শাংনা খাংলম্না চীনাগা চাংদম্নবগী তঙাইফদবা লৈবমই। প্রজা মীযামগী অপাম্বনা মপুং ওইবনা চীনাদি চাওখৎলকখি অদুগা লাগান্দি মদুমক নাং অদুবু এশিয়াদা লৈবা অকনবা শক্তিগী খুৎলায পায়না লান্মীগী মমাংদা মতম শাংনা শেমগৎ শাগৎলকলবা তোয় লম লিংবা ইউরোপ্তা লৈবা শক্তি পাযবা কাংবুনা তুবা অসমক যান্না পেন্নানিংঙাইনি। নোংপোক এশিয়াদা লৈবা জাতিগী ৱাখলদ বৃটিশকী মাইকৈদা য়ান্না চম্না লৌবমই। মাইথিবা অমদি খুদোংথীবা হাযবসি যান্না নুংঙাইতনিংঙান; তৌইশুম্নসু নোংপোক অমদি এশিযাগী লমদমদা লৈবা মপাঙগল কল্লবা লৈবাক্কী মখুওা মাইথীবা ফংবনা বৃটিশকী নুংঙাইতবা হেনগৎলহল্লমই লোযননা মমূ য়ৈথেকলমই। অচৌবা ফম্নাইবা সাহেব অমনা হাযবমই, প্রিন্স ওফ ওয়েলস অমদি রিপল্স জহাজ, নাপু কুচু মানবা জাপান্না লুপহনবগী মহুত্তা জর্মংনা লুপহল্লম্লবদি মহাক থোযনা নুংঙাইবমগনি।

জেনবেলিসিমো অমসুং মেদাম চিয়াং কৈ-সেক, চীনা লুচিংবশিংনা লাকপাসি ভারত্তা চাওববা থৌদোক ওইবমই। লমসিগী মীশিংগা মখোযগা তোবোৎ-খোদানদনবা তোৎনবনা মতমদুগী অফিসারশিংগী মথৌ অমদি ভারত

সবকাবগী অপান্না ওইবমই; মদুগা অসিগুম্না লুরবা তানফমদা মখোয়না ভাবত্তা লাকপা লোয়নননা ভাবতপু নিংতমহন্নিংবগী অপান্না ফোংদোকলবনা ফাজিন্দুনা থমলবা জেলদগী ভাবতপু থাদোকহনবদা তেংবাংলম্মী; লোয়নননা পোম্বা ওইনা লৈববা পৃথিবী পুম্বগী ওইনা পামনববা থৌদাংবু ভাবতনা খব মখৈতমক ইবম্বদু, হেয়া মযেক শেংনা চাওথোক্লা উবা ঙমহনখি। ভাবত অমসুং চীনাবু চেৎনা পুন্সিল্লিবা কীশি থোয়না হেয়া কনবা হেনগৎখি; লোয়নননা ময়ামগী ওইবা চপ মান্নানা ফংমিন্নবিবা অৱা-অনংগী মায়োক্তা চীনানা অতৈ জাত্তি কয়াগা খুৎশম্ননিংবা অপাম্বদুসু হেয়া কনশিনখি। ভাবতনা মাযোক্লবিবা অবাবনা থনবা জাত্তি ওইবগী ৱাখলবু পৃথিবীগী জাত্তি ময়ামগী ওইবা ৱাখল ওইনা পুনশিনহনবদা মতেং ওইখি, মতম অসিদা বৃটিশ সবকাবগী পোলিসিতদি তোঙান তাহৌই।

লেপ্তুনা চংশিল্লকইবা খুদোংথীবা অদু ভাবত সবকাবনা ময়েক শেংনা উবমই; মপুক্লিংদা লাংতক্লবা পোকলমই; লোযনননা নিংঙাইদনা লৈথোকপা যাবমদে। বৃটিশ সবকাবনা ভাবত্তা লৈবম্নদি মখোয়না পামজবা নিয়ম অমগী মখাদা অসুক্কী মতিক চেৎশিন্না লৈবমই; মখোযনা চংলিবা নিয়মগী ৱাংমদা খোংফম অমা ফাওবা হেন্দোকলমদে, কাবিগুম্বদা মুৎলবোইদবা, কর্ম্মচাবী ওইবগী নিযম মখাদা কোকপা লৈববোইদবা মচু শংজিনলমই; মবমসিনা মখোয়গী মিৎয়েং নাযেং অমাদ তৌথোবকপা থবক্তা কাবিমতা হোংদে অমদি অহোংবা উবা ফংলমদে। তফিং তফিংবা ৱাখল লৈবমদে; লোয়ননা মুকনবা নত্রগা হেক্তা যাথোকপা ৱাখলসু লৈবমদে। মখোযনা চংলম্না নীতি নিযম, চাহি কযাগী ওইনা শেমলমই লোযনননা মখোযনা পামজবা নিংবা থুংনবত য়েংদুনা শেমলমই। ভাবতপু মখোযগী মখাদা লোযলম ওইনা থম্না অমদি ভাবত্তা লৈবা প্রজাশিংনা মনিং মখা তম্না লৈনবা হোৎনববু লাকশিন্দুনা থিংবনা মখোয লাম্মী অমসুং অফিসর্কী লাম্মী নত্তবা থবক তৌদুনা লৈবশিংগী অপান্না মখোযদদি চপ চানা থোকচববনি; তৌইগুম্বসুং শক্তি লৈববা তমথীববা য়েক্লবগী মায়োক্তা হৌজিক্কী মতমদা চৎনবা মতুং ইন্না লাল্হৌবা হাযবসি যাম্না নাতৈ চাদর্বান; অদুগা মখোয মশামক মাসগা চুশিন্নহনবসু মখোযদা যাম্না লুনা বানা থোক্লমই। মখোযগী ৱাখলনা নাতৈ যান্নদবতা নত্তনা মখোযনা ভাবত্তা লাকইবা মবৈবাক নুংশিজবগী ইহৌ অসিবু নমথনবা লাক্লবদা মখোয়গী লৈজবা মপাঙ্গল থেক্লা শীজিন্নবমই। অনৌবা ইবাং থোক্তিহৈদা বর্ম্মা অমসুং মালযগী সবকাব কাযশিল্লকখি লোযনননা কাযথবকপদু উনবকখি, মদুনা লমজিংনিংঙাই কাবিমতা ওইবমদে। ভাবতকুম চপ মান্নবা মওংদা বর্ম্মাবু শাসন তৌবমই; মতম খবগী মমাংদা বর্ম্মা অসি ভাবতকী (শরুক অমা ওইবমই) শাসন মখাদা লৈবমই। মফমদুগী লৈবাক-ঙাকলোন ভাষতকীগা মান্নবমই; লৈবাক ঙাকলোন অদু কবম্না মুৎপা তাবগে (চৎনবা যাই হাযবদু বর্ম্মানা উৎলমই। লৈঙাকলোন অদু হোংদোক্তনা অদুম চৎনবমই; মহৌশাগুম্না ভাইসবোই অমসুং অচৌবা অফিসাব পূম্নমক্লা মাগী মাগী শক্তি শীজিন্নদুনা মথৌ পাংথোক্লবমই। মিৎনা উনা বর্ম্মাদা থবক পুবা ঙমখিদবা অৱাংবা থাক্কী অফিসাব কযা অমা খোর্মজিল্লকপনা অফিসাবগী মশীং হেনগৎলকখি, সিমলাদা চীংদোন্দা অতোপ্পা অচৌবা অফিসাব, গর্ভনব অমা লৈবমই। অতৈ লৈবাক্কগী ইংলণ্ডদা চেনশিল্লকপা নিংথৌ মচাশিংগী শাসনগুম বৃটিশ অফিসাব কযা চেনশিলকপগী খুদোংচাবদু ঐখোয়গীদসু পীবমই। খুত্তা খুৎ মোজা হাপ্পগুম ভাবত্তা লৈবিবা বৃটিশকী শাসন্দা মখোযসু অমতা ওইনা লৈশনখি।

ষ্টেজদা তাবা মমিগুম, অবিগা নাওংদা, অচৌবা অফিসাবশিংনা কুম্মৈ ফীযোং তৌবমই; নিংথৌ পানবগী অচৌবা ধর্ম্মগা মবী লৈনবা থৌবম ৱায়েনশংগী কুম্মৈ, দববাব অমসুং অফিসকী মনা মথুম, ফমথোন পীবগী কুম্মৈ, মখোযগী সিপাইগী পেবেদর্নাচিংবা কুম্মৈ, মখোয়গী চাকচা যুথক, মখোয়গী ফীজেৎ চাকচা, অমদি মখোযগী ৱাজাও ঙাংবনাচিংবদা ঐখোযবু পামহন্নবা কন্না লাক্লবমই। নিউ দিল্লিদা লৈবা ভাইসবোইগী কোনুং খ্বাইগী মকোক ওইবা লাইশং ওইবমই; মফম অদুদা অৱাংবা থাক্কী পুবোহিতশিংনা মকওইবা কুম্মৈ ফীয়োং পাংথোকলমই; অদুত্ত নত্তনা অতৈ লাইশং অমদি পুবোহিত কযা অমসু লৈবমই। কুম্মৈ ফীয়োং পুম্না যাম্না চীং লেম্না পাংথোক্লবা শিল লাংলমই; মতমদুদা লৈবম্না ভাবতকী প্রজা পুম্বনু পামহন্নবা কন্না লাক্লবমই লোযনননা মখোযবুসু যাওহল্লমই। মমৈথংদা অনৌবা মওংদা নৌথোকহল্লমই; তোঙান তোঙানবা মওংগী মপল, হেনগৎহল্লমই অদুবু হৌজিক্তি অদুগুম্না কুম্মৈ ফীয়োংশিংদ্ ফাগী ফাবাং মানশিল্লকলে

নোক্লনিংঙাই ওইবকলে। ভাবতকী মীশিং অসি তহা তহাদবা মীওই ভাকনি হায়না লৌবমই; মখোয়দি হাথু-হাথু অফিং অফায থবক তৌবা পামদবা জাত্তি অমনি হায়না লৌবমই, অদুম ওইনমক মখোয়না তৌবা থবক্তা খোংজেল থুজিন্না, যাংনা, কন্না লোয়শিনবা পান্দ্বগী অকনবা লিচিং অমসু মখোযগী লৈজবমই। কঙ্গ্রেস প্রোভিন্সিযেল সবকাবনা থবক মতাং খবদা ভুমখিদবা যাওববসু মমাংথৈগী ওইবা অবিবা নিয়ম পথাপ থাদোক্তুনা লেপ্তুনা, কন্না, শু-নোমদুনা তৌকবা থবক্কী মহৈ যালহন্নবা লাংতক্লবমই। ভাবত সবকাবগী নিংঙাইদবা থৌওইদবা উবদা লোয়ননা খুদোং থীনিংঙাই ওইবা, প্রজানা যানিংদবা থৌবম কয়া মখোযগী এজেন্টশিংনা তৌবা উবদা, নিংদোন পোমহল্লমই; মখোইদৌ শাওগৎহল্লমই।

মসিগী মতুংদা অমেবিকাশিং লাকখি। মখোয়না মখোযগী মথৌ পাংথোক্লবা লাংতক্লবমই, ভাইওমদে, ভাবত সবকাবগী কুম্মৈ ফীযোংগী নোম্না মখোযনা থৌশাবমদে, মদু খংজিন্নবসু হোৎনবা নৈতে। নিংঙাইদববু খাংওমদে, লোযবং শিংখোং ওইবা অর্মাদি নির্তি নিযমদা ক েন্না প্লাকুং চংশন্দবা প্রজাদা ব্রাহনববু মখোয়না নাকন্দা ইত্থোক্লমই, হবাও ওয়াস্না নিউ দিল্লিগী পুন্সি মথেনবু মথক নখা ওল্লমই। শেংন চানবা ফীজোন মখোযনা কবিনতা থৌব্রা শাবমদে, তোপ তোপ্পা থৌদোক থোকপদা মখোযনা ফীবোন নিংথিনা শেং চাবমই; কবিগুপ্তদা আফসকী চৎনলোন অর্মাদি থকাশ খাশিগী কল্লবা নির্তি নিযম, মখোযনা অবানবা শিবমই। মখোয়না পাংবা মতেংনা কাঃবা কযা পুবক্লবসু খ্বাইদগী চাওনা মকোক ওইবা ফম মখোযদা পীনি লমদে, মখোযবু থৌখাক নাইনা লাপতিন তিন্নবমই। অদুগা মখোযনা তৌবা পুন্নমক ভাবতমচাশিংনাদি মথবাই তাজবমই, মখোযনা শুবা থবক্তা নপাঙ্গল থেক্লা, হৌনংবা পোক্লা শুনদ মীপুম খুদিংগী ৎমওনিংঙাই ওইবমই; অদুন্নদি ওইবগা ভাবতা নৈবা বাটিশকী অচৌবা অফিসাবশিংগী মণ্ডণ যাওদবা অদুগা তাইওন্নবমই। মখোযগী ইচংথৌবা অর্মাদি অফিসাবশিংনা নদনা মখোযবু শীজিন্নবা ভুমদবা অসিবু থাগৎনিংঙাইনা। নৌনা পোংদাবকপশিংগা, লৈবমল্লিবা অফিসাব কাংবুগা যাঃদবা অমা লৈবিবসিদা থম্মোইনুংদা ইচিক হুনবা নংঙাইবা পোকই, মচিগী মবমদা অচম্না নত্রগা ভাবনা শাবা শাবী কযা অমা ওওনা হাযনবী।

ভাবতা লান্দাবকপনা, গান্ধিদা, নুংঙাইতবা অচৌবা অপনবা পীখি। অহিংসাগী পোলিসি অনসুং প্রোগ্রামদা অনৌবা লাহ্লৌগী মতাং হাপচিনবদা তবাইনা লাযনা থোক্তে। তশেংনমক, লান্দাবকইবা লাম্মীগী মফমদা নত্রগা মাযোক্লবা নানশোক্লবিবা তেঙ্গোন অনিগী মফমদাসিভিল ডিসওবীডিযেন্স (প্রজানা, সবকাবগী যাথং ইন্দবা) কী রাফম কবিমতা চদে। তুমিন্না লৈথোকপা নত্রগা লান্দাবকপবু মযোক যাবা অনিমক চপমান্নবা পল্লুবগী কান্নদে। অমাদ কবি .তৌবা তাবা ? আসিগুন্না থৌদোক আসগীদমক্তদি মহাকমক্তা (গান্ধিগা) মকুপ মপাংশি, অর্মাদি মকওইনা কঙ্গ্রেসনা আহ সাবু থাদোকপা তাবমই নত্রগা মসিগী মতম লান্দাবকপবু থাব তাবমই, মখোযনা তৌফম থোক্তনা তৌবকপান (লান্দাবক থোক্তুনা লান্দাবকপানি) চাযনা কাযথংদা মহাক্লা যাবমই, অদুমক হাযদুনসু মহাক বাদবদি নৎলমদে, অগা অমা ওহনা মহাক মশামক্কীদি খুং থোক্লনা লান শোক্লবদা মহাক যাওনিংলমদে। অদুম্নদি ওইবগা প্রজা মাচম অমদগীদি, মহাক্লা, হেল্লে খংবা হেল্লমই; মতৈবাক নুংশিবগীদমক চাশিল্লকপা খোংজ দা মহাক্লা ফম্নাইবা নত্রগা আফসগী থবক পুবা মীওই ওইবনস নত্রগা ওইদ্রবসু মহাক্তি খ্বাইদগী পুনতেন হেনবা অমাদ মাযাম প্রজাবু লাকশিনবা ভন্না মীওই অমা ওইবমই, লোযনা মীযাম প্রজা পুম্বগী মফমদানি মহাক্লা হাযবগা লোযবে হাযবা বাফম অমা লৈবমই।

ভাবতপু মকওইনা ভাবতকী মীযাম প্রজাব গান্ধিজীনা মশক মুম্না খংলমই; হৌখিবা মতম নত্রগা তৌজকমক মখোযবু (ভাবতপু অর্মাদি ভাবতকী প্রজাশিংবু) কনা অমতনা মশক মুম্না খংলমদে, খংদে। ভাবত শিনবা থুংনা পাক্লা শন্না মহাক্লা চৎপদা নত্তনা মীশিং অসিগা উন্নদুনা মখোযগী থম্মোই খুদুম চনবা ভন্না শক্তি অমসু মঙোন্দা লৈবমই। মহাক মীযামগা অমতা ওইনা পুকচেল খোযজেল তিন্নবমই লোযননা মীযামগীদমক্তসু মহাক্লা খল্লমই; মহাক্লা তৌবিবদু মীযাম্নসু মুন্না খংলমই, মদুনা মবম ওইদুনা, মীযাম্না মহাকপু নুংশিবমই, মহাক্লা হাযবা ইল্লমই। গুজবাটতা লৈবিথৈদা, চহি অহানবা ওইবিথৈদা, মহাক্লা খনাখিবা ব্রাখলনা কাওহমদনা যেক্লুনা লৈখিবনা, মহাক্লা উখিবা ভাবতকী শক্তমদ মাগী

ৱাখলদা মুৎঙমদনা মচু শংখি। গুজৰাটতা লৈবা মীশিংদি অয়াম্বনা ইংনা লল্লোনজবা কারবার তৌবা ঙাকনি; জৈন ধর্ম্মগী নিয়ম অহিংসানা মখোয়বু খুদুম চল্লমই। অসুম্না ভাবতকী শকক খবদা লৈবা মীওইশিং খরসু ধর্ম্ম অসিনা খবদ ওইববসু খুদুম চল্লমই; অদুগা শুকচৎ চত্তবা লম কয়াসু লৈতবা নত্তে। পাকশন্না লৈবিব ক্ষেত্রিয় কাংলুপকী লাম্নী মখৈনদি মসি য়াবমদে; লান শোক্লবা, লমলক্কী শা তানবা অসিনচিংবদা অপনবা পীহননিংলমদে। ব্রাহ্মন্নচিংবা অতৈ কাংলুপ খবসু অহিংসাগী ধর্ম্মনা খজিক মখৈ খুদুম চল্লমই। চাওখৎলবা ভাবতকী ধর্ম্মনচিংবগী ৱাখল অমদি ইতিহাসতগী তোঙান তোঙানবা ৱাখল মত গান্ধিজীনা লৌখৎলমই; পুম্নমক অসিগী হৌবকফমদি অহিংসানি হায়বা মহাক্লা থাজবমই; মদুদগী তোঙান তোঙানবা খেৎনবা কয়া অমা থোকখি হায়বসু মহাক্লা থাজবমই। ৱাখল অসি য়াম্না কয়া থিজিন হুমজিল্লগা ফংবনি; ভাবত্তা লৈবা ৱাখল লৈবা কাংবু, অমদি ইতিহাস ইবা কাংবুনদি মসি য়াদে। হৌজিক মতমগী য়ুম্বান কৈবানগা মবী লৈননা মখোয়না খল্লিবা ৱাখলনা অহিংসাগী অফবা গুণগী শকক্তা কবিসু তৌবা যাবোই; গান্ধিজীগী ৱাখলদা ইতিহাস ইবশিংনা নুংঙাইতবা পোকইবসিমক মসিনা তশেংনা উৎলবনি।

লম্মীৎ তুম্মিৎকী মহৌশাগী ওইবা ফীবমদা জাতি অমগী অকী ফংনা চাওখ্রবা হিমালয়গী পলনা অমদি সমুদ্রনা ভাবতপু তোঙান্না ককথত্তুনা থমখিবনা পাক চাওববা লমদম অসিবু তোঙান্না তাহল্লি লোয়ননা অমতা ওইবগী ৱাখল পোকহল্লে। পাক চাওববা লমদম অসিদা মখল অমতগী ওইববা, তশেং তশেংলবা সভ্যতা লৈবমই; জগৎতা অদুমক হেন্না চাওখৎলকনবা, শন্দোবক্লবা লম পাকনা চাওনা লৈবমই; মদুমক্লা মখোং চেৎলবা অমতা ওইববা চৎনলোনবু ঙাকশেন্না থনমই। অমতা ওইববা অসিবু অমুক লম্মীৎ তুম্মিৎনা অমগা অমগা খেৎনহল্লি। অৱাং অমসুং মযাই থ'বা পাকচাওববা লৈতেম মান্নববা লমদম অসি তোঙান তোঙাল্লবা মচুনা খুমিৎ খুনাও নাইনা শংলবা খা ভাবতকী চাংগী লমদমগা খেৎনবি; অসুম্না তোঙাল্লবা লম্মিৎ-তুম্মিৎকী লমদমদা লৈবিবা মীশিং তোঙান তোঙান্না চাওখৎলবা চৎনবোল লৈনবি। খা অমসুং অৱাংগী ইতিহাসসু মাইকৈ ফাংনা তোঙান তোঙান্না চৎনৈ; অদুম্নদি ওইবগা মবক মবক্তা খব খবমখৈসু মান্নৈ লোয়ননা খুৎশম্ননা চৎমিন্নবসু যাওই। কশিয়াদা তৌবগুম লৈতেম মান্নববা লম, পাকশন্না লৈখ্রবা অৱাংগী লম পুম্নমক অসি মপানগী যেক্লবশিংদগী ঙাকথোক্লবা মপাঙ্গল কল্লবা অপুনবা সবকাব অমা লৈবা দবকাব ওই। খা অমসুং অৱাংদা লৈবা সম্রাজশিং মতম অমা ফনা চাওখৎলমই; অদুবু অৱাংবা সম্রাজশিং অদুগী তশেংনা মকোক ওইবমই; ইতৎতত্তনা খা থংবা লমদমবু খুদুম চল্লমই। মমাংঙৈগী মতমদা লৈবম্না পাঙ্গল কনবা মকোক থোংবা সবকাববু ওইবমলবদি শোয়দনমক মী অমতনা শক্তি পুম্না পায়শিনবা সবকাব ওইগনি। মবম কয়া লৈবদগী মাবাঠাশিংনা মোগল সম্রাজ থুগাযখিবদু ইতিহাসগী ইচম চম্না থৌদোক অমা নত্তে। মাবাঠাশিংনা ডেকানগী চীং লমদমদগী কুমথবকলম্মী, নিংতম্বগী মবিংজেল অমা মখোযগী লৈজবমই, মতমদুদা অৱাংগী লৈতেম মান্নবা লমদমদা লৈবা কাংবুদি অযাম্বনা মীগী মীনাই ওইনা লৈদুনা মশাগী নিংতম্বগী ৱাখল লৈবমদে মীখা থানা লৈবমই। বৃটিশনা বেঙ্গলবু ইবাই লাইনা লৌশিনখি; লৈহাও চেল্লবা লমদমদা লৈবা মীশিংদু লায়না খুদুম চল্লমই মবমদি মখোয়গী নিং তম্বগী মবিংজেল লৈবমদে। বৃটিশনা অসুম্না খোংদাবগা মাইকৈ শিনবা থুংনা লৈবাক শন্দোকখি।

লম্মিৎ-তুম্মিৎলোন হৌজিক চৎনবী, মতুংদসু চৎনখিগনি। অদুম্নদি ওইবগা হৌজিকমকতি অতোপ্পা হীবম মচাক কয়া'মনা ইতিহাসতা হেন্না মকওইবি। চীংজাও অমদি সমুদ্রনা হৌজিক অশাংবা অচৌবা পল ওইদ্রে অদুগা মখোযনা মীওইবগী শাজৎ লিচৎ অমদি লৈবাক লৈবাক্কী বাজনিতি অমসুং অর্থনিতিগী ফীবম মখৈদি তাকলি। পৃথিবী অপুম্বগী ওইবা লমজৈনা খুমাং চাওশিন্না (হান্না) খন্ন নৈনদ্রিবমখৈদি, মচেৎ মচেৎ খাযদোকপা, পনখৈ নাযনা মথন্তা নত্রগা অমুক পুনশিনহনবগী অনৌবা পবম খন্নবদা মখোয়বু (চীংজাও অমসুং সমুদ্রবু) থৌশাদবা, হুন্দোকপমক্তি, যাদ্রি।

ভাবত অমসুং ভাবত্তা লৈবা মীশিংগী মবমদা গান্ধিজীনা খংইবা জ্ঞান অসি ওন্থোক্লা পাক শনথ্রে। ইতিহাসতা অদুক হাক্লা মথৱাই তাদ্রবসু, ইতিহাসকীদমক মহাক্লা খল্লুবমক লৈত্রবসু, মীওইবা অমনা লৈনবিবা ইতিহাসকী জ্ঞান

অদুমক মহাক্লা মপুং ফানা খংই, লোযননা ভাবত্তা লৈবা মীশিংগী মবমদা লৈবিবা ইতিহাসকী হৌবকফম অদুমক মহাক্লা কুপ্পা খংই। হৌজিক হৌজিকমক থোকইবা ভাবতকী থৌদোক্তদা তশেংনা মপুক্লিং লুপলবসু, নিতিগী থোকইবা থৌদোক মহাক্লা নিংথিনা তাই, লোযননা জ্ঞান তানা মপুংফানা মদুগী মতুংইন্না থবক পায়খৎলি। কান্নাবোইদববু শুন্দোক্লগা থৌদোক ৱাথোক অমদি থৌদোক্কী ফীবমগী মক মকওইবা শককতমক খুনগৎনবা খনগৎনবগী শক্তি মহাক্কীসু লৈবমই। অচুম-অবানগী মবম মহাক্লা খল্লগা খুদিংমক্কী অচুম্বদু লেপ্পুনা মদুবু মহাক্লা খুদুম চেৎনা পায়শিল্লি লোয়ননা মতুং ফাওবা ওইগদবা মওং অদু লেপই। বার্নার্ড সোনা হায়বমই মহাক্লা (গান্ধিনা) অবান নিযম শীজিন্নবদি য়াই অদুবু মদুনা থবক ওইনা তৌবকপর্দদি হেক্তা চুমই। মী অয়াম্বনা তুংগী কবিমতা খন্দে, হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা খুদোংচাবদু অদুবুনা হেন্না পামশিন্না তৌই।

# মাপলগুবা পন্দুপ

## নিপানগুবা তাংকক

## স্যার ষ্টেফোর্ড ক্রিপ্সনা ভারত্তা লাকপা

পেনাং অমসুং শিঙ্গাপুবনা মীখুত্তা তাপ্লবদা অমদি জাপান্না মালয়দা চংশিল্লকলবদা ভাবত মচা অমসুং অতৈ মীয়াম্না চেপ্পোক্লবকখি; মখোয়না ভাবত্তা চেনশিন্নবকখি। য়াম্না থুনা মখোয়না থাদোকপা তাখি; মখোযনা শেংলি চাবিবা অদু নত্তনা কবিমতা পুনখিদে। মদুদগী ইকুই কুইদনা বর্ম্মাদগী মী লিশিং লিশিংনা মকওইনদি ভাবতকী মীশিংনা ঈশিং ইচাওগুম চেপ্পোক্লবকখি। লৈঙাকপা অমদি অঙম অথৌ কয়ানা মখোয়বু কবম্না থাদোকলকপা অমদি মথবাই হিংনবা কবম্না চেন্নবকপগে হায়বগী ৱাবীনা ভাবত শেগাক কাযবমই। য়েক্লবনা কোয়শিনখ্রবা চাওববা চীংজাও, লম্বীদা কযানা শিখি; থাংনা থিন্দুনা, অনাবগী খযাত্তা তাদুনা অমদি চাবা ফংদদুনা কয়া'মসু শিখি। মদু লাঞ্জাওগী অকীবা ফংলবা ফলনি; খ্নাইনা ফংলোয হাযবসু য়াদ্রবনি। ভাবত অমসুং বৃটিশকী মীচেনগী মবক্তা খেৎনবা অমতা উত্তবা লাঞ্জাওনি। অদুম্নদি ওইবগা বৃটিশকীদমক্তাদ হেক ওমইবমখৈ চেকশিল্লমই; মখোয়গী চেনবদা খুদোংচানবা গাডি অমদি পীবা যাবা মতেংগীদমক শেম শাবমই। মশীং লাকওমদ্রবা মীচেনশিংনা লৈবিবা বর্ম্মাগী মফম অদুদগী ভাবত যৌনা চৎনবা লম্বী অনিখক্তমক লৈবমই। খব ফবা লম্বীদু বৃটিশ নত্রগা ইউবোপতা লৈবা মীদমক চৎহল্লমই মখোযগীদমক উবোংখিন্দুনা থনমই, মদবু "হবাইট বোড" অত্তৌবশিংগী শোবোক হাযনা খংনবকখি।

জাত্তি বিজাত্তি খেৎনবা অমদি অৱা-অনংগী তুক্কচববা ৱাবী অদু ঐখোযনা তানবকখি, লৰ্কানদা হিংলক্লবা কাংবুনা ভাবত শিনবা থুংনা যৌবকখি; অসিগুম্না ৱাবী অসি মখোয়না হাযদোক্লবকখি, মদুনা ভাবত্তা লৈনা মীযামদা নুংঙাইতবা ৱাখল পোকহনখি।

ইকুই কুইদনা বৃটিশ ৱাব কেবিনেটকী ৱাবেপ পুদুনা স্যাব ষ্টেফোর্ড ক্রিপ্স ভাবত্তা থুংলখি। মখোযগী ৱাবেপ অদু চহি অনি মথায চংনা মমুৎ তানা খন্নখি; মদু হৌপ্রবা ৱাবী হায়বদুনি। যান্নবা অমা পুবকপদা যাওকবা কনানা, ৱা অমতা ফাওবা ঙাংদনা মখোয়না খন্নবদু যাওকববসু, মতম যাম্না শাংনা হাযদোক্তনা ফুম্বংননা লৈবনা থোযনা হেন্না ফবগুম তৌবমই। তৌবগীদি মদুগা মবী লৈনবা ৱাফমশিং অমদি খন্নাখিবা পুম্বা, মীযাম প্রজাদা হান্নবা লাওখি।

বাফম অদু ঐহাক্লা অহানবা ওইনা হেক পাবগা, হাযফম খংদনা ঐহাক নুংঙাইখিদে হাযবদু ঐহাক নিংশিংই, মতমদুদা ওইবা লৈবাক্কী অকবা তাঞ্জাগী মবী লৈনবা, অমদি স্যাব ষ্টেফোর্ডকী ওইবা মকওইবা ৱাফম খবা ঐহাক্লা আশা হান্না তৌকবনা ঐঙোন্দা নুংঙাইতবা অদু পোকখিবনি। ৱাফম অদু পাক পুকবগা, মদুবু মদুনা খংহনবা য়াবা অর্থশিং অদু খন্ন নৈনবগা থোযনা হেন্না ঐঙোন্দা নুংঙাইতবা পোকখি। ৱাফমশিং অদু ঐখোযগী দবকাব ওইবা পুম্বা থুংহনবা যায় হাযনা খনবা, ভাবতকী তৌনবিবা থৌদোক মুন্না খংলবা নিপা অমা ঐহাক্লা নিংশিংলকখি। তৌইগুম্নসুং কুপ্না থুগাযদুনা য়েংবদা, যাদবা পনখৈ কয়ামকম লৈবমই। ৱাফমদু মশামক্লা পুজবা অপগী নিযম অদুমক লৌববদি মদু মশানা তুংদা ঐখোয়গী খুদোংথীনিংঙাই ওইহন্নবা লমখৈ পীববনি লোয়ননা অথিংবা খল্লবনি। হৌজিক্কী ওইনা মযেক শেংদনা চম্মম্লনা মীযামগী মতেং নিবা ওইনা তৌববসু নুংশির্নাদ্রবাসনা কাওনপ্রবা তুংদা ওইবক্কদবা অদু মকওইনা, ৱাফম অদুনা নৈনদুনা উৎলি। জাওি অমগী মশাগী অবেপ্পা ৱাফম ওইনা হেক লৌবদা ভাবতকী প্রোভিন্সশিংনা ভাবতকী অমতা ওইবা থৌশিন মখাদা হযেং তুদা লৈতনবা সন্ন বাফম অদুনা পীবি; লোয়ননা মনিংতম্না ষ্টেট কযা অমা তোঙান তানা শেম্ননবা

অধিকাবসু পীবি। মদুদগী হেন্দোক্তুনা ভারত্তা লৈবা নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংনা ভাবত সবকাবগী মথাদা লৈতনবা অধিকাব কয়াসু মায়না পীবি। মসিমসু নিংশিংবা য়াই, ভাবত্তা চাওখাক্লা অসিগুম্বা ষ্টেট ৬০০ বোম লৈ; মবাদি অচৌবা ষ্টেটনি; অয়াম্বনা মীবৈবাক্কা থংননা লৈবা ষ্টেট য়াওনা ষ্টেট মচা ভার্কনি। ষ্টেটশিং অমদি প্রোভিন্সশিং পুম্নমক ভাবতকী সংবিধান শেম্বদা য়াওগদবনি; সংবিধান অদু পুম্নমক্না চৎনগদবনি; অমদি মদুদগী তোক্কদবানি। মপুং ওইনা তোখায় তাবনা য়ুম্ফম ওইবি; লৈবাক অসিগী তৌদবা যাদ্রবা মকওইবা ব্লাফম — শেঙ্ছুম নত্রগা বাজনীতি অদুবুদি মকওইবা ওইনা পীদে। হীবম কয়াদা অমগা অমগা খেৎনবা, থৌবম অদুগী তুং-তাবা ফল মতৈন, পাঙ্গল কনবা, চাওখৎপা অমত্তা ওইবা জাতিগী ষ্টেট অমা ওইনা (লাকপা) পুবকপা অহোংবা সবকাববু থুগাযহন্নবা, অমত্তা ওইনা পুনশিনহল্লি। তোক্কানি হায়না তক্তনা ধমকা তৌদুনা কীহনবনা, যাওহনর্নিংদবা ব্লাফম কয়া সংবিধানদা হাপচিনবা তাবনি; কেন্দ্র সবকাববু শোঙ্ছহল্লকপা অমদি নিপাথোক্লা থবক তৌবা ঙমহল্লক্তবা য়াই, ভাবত সবকাবদগী তোকথোকপদা যাম্না লুনা থোক্কানি, অদুগা লৈহৌবিবা প্রোভিন্স অমসুং ষ্টেটশিংগীদমক থবক পাযখৎপগা লোয়ননা লুৎলাযবা থোকলোই। তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপা ভোটবশিংগী অমদি ভোট থাদবগী হৌজিক লৈবিবা নিযম মতুংইন্না সংবিধান শেম্না কাংবুগী মীখল, প্রোভিন্সশিংদা তৌবা তাবমই, মচৌশাদগী হৌনা তিন্নবা যাদবা তোখায় তানবা বাযন অপনক থোকপা যানা লৈবনা অদু যাম্না শোযদ্রবনি। নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিংদা মীখল পাংথোকহন্নবগী মতাং কাবমতা যাওনদে লোয়ননা ষ্টেটশ অদুগা প্রজা, কোটি মবিযুতবাবু কাবমতা খন্নবীদ্রবনি। ষ্টেটশিং খবগী জমিদাবীগা নিযমসু খবা চৎপা লৈবাক ব্লাযেনবা মীওইনা ষ্টেট ষ্টেট অদুগী মীশিংগী চাংচৎ মতুংইন্না মীহুৎ থাগৎপা য়াবমই। থাগৎলকইবা মীহুৎশিংগী মবক্তা মাইক নতুন হৈনবা মন্ত্রিস যাওশিনবা যাবমই, তৌবতবু মখোযনা লৈবাক অদুদা লৈবা প্রজা মীযামস নতুনা জামিদাবী অমদি শাসন পুম্না মখৎনা পাযশিন্দুনা লৈবিবা নিংথৌগী শকক মবিগী শকক অমদি মখোযনা ওইবা তাবমই, ষ্টেটশিং অদুগা মেম্ববশিপ না সমাজদা মখোযনা হন্থনা লৈবগী যেংদুনা, মখোযনা হায়বা যাদ্রবদি মখোয তোঙান্না লৈগনি হাযনা ধমকা নৈনা কাহন্দুনা মখোযনা পাম্না বাবেপ্পু যাহন্নবা কল্লবা শক্তি পাঙ্গল শীজিন্নবা যাহল্লমই। আইন শেম্না এসেম্বলী অমদি সংবিধান শেম্না কমিটিদা মীখলদগী কাবকপা অমসুং মীখল যাওদনা কাবকপা মেম্ববশিপ না থেকপা হংনা যানশিন্নবমই, মসিদা কাবকপা কাংবুনা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মগী মীনা অমদি ভোট থাদবা যাবা কাংবনা মশা মশানা পামজবগী মতুং ইন্না ভোট পীদুনা কাবা কাংবুশিং অদুগা ষ্টেটশিংগী নিংথৌশিংনা মখোযগী মীহুৎ ওইনা থাগৎনকপা কাংবুনি। মসিদা মখম অমগা হাপচিনবা তাবনি মদুদি মযামগী অপুনবা বাবেপ তাননবা হাযনবা যাবমদে অদনা লৈবাক অপাম্বগী ওইবা অমুম্না বাযন অমদি অপোযবা বাবেপকী শকক হন্থবমই। মেম্বব খুদিংসু মশা মশাগা দাযা পুনি চক্র, মখোযগী নপুক্রিদা লৈথাকনিংবা থাক ওইনা তৌবমই, মখোযনা তাখিবা বাবেপ পাংথোক্লবা দাযী কনামতনা লৌবনদে।

ভাবতপু মচেৎ কয়া থোক্লা থুগায়নবা ব্লাফম অদু খনবদা থম্মোই শোক্লা ব্লাবমই, মদু এক্সাযনা চেৎনা পান্না খণ্ডকবগী অমদি মীশিংনা লোমদুনা থাজকবগী মাযোক্তা ভাক চথবমই। মর্জতিবু নুংশিদুনা ভাবতকাদমক তোৎনবা পুম্না অমত্তা ওইবা ভাবত ওইনবগীদমকনি, মতমদুদা খন্নবম্বা পাযখৎলম্না পুম্না হৌজিক ওইবিবা মবৈবাক নিংবগা বাখলদগী হেন্না মবা চেৎনা কনাশিল্লমই; মসি ভাবতকী ইতিহাসতা মতম কয়া ফাওবা মক চেৎনা মবা তানা লৈহৌবগদবানি। মশীং লাকঙমদ্রবা মীয়ামগা থাজবা মবম অমা পুর্বক্লবযাওবা হৌজিক্কী শেমগৎ শাগৎপনা পাতবা অমদি খন্নবনা বাখলবু হেন্না চেৎশিলহল্লি; কাবগুম্বদা মসিবু মুকপা অমদি তোংহনবা ঙমলোয। মুসলীম লীগনা মদুবু মুকলমই, অদুবু কনামতনা মকাম্বু থোক্লা লৌবমদে; মুকইবা অদুবু যাদবা মুসলীম কণা অমা লৈতবা নাত্তে। লমদম অসিবু তোখায তানবা খন্নবদু চম্মবা অর্থ থোক্তবা ওইববসু মুকইবা অদু তশেংনমক লম অমগা ওইনা হৌবকপা নত্তে। মযাই ওইবা যুগকী মতমদা ধর্ম্ম খেৎনবা মতুংইন্না জাতিগী ওইবা বাখলনা মসগী হৌবকফমনি। মদুগী মতুং ইন্না ভাবতা লৈবা খুল খুদিংদা অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা কাংলুপ লৈবমই। ভাবতপু শকক কয়া মকম থোক্লা থুগাযবনা, পাক্লা শন্না শন্দোকখ্রবা মাংদ্রবা ধর্ম্মগী খেৎনবদু লাকশিনবা ঙমলোয। লৈবাক মচেৎ তাহনবনা থোযনা হেন্না অবাবা ওইগনি লোয়ননা পাংথোকনিংইবা হৌবম লোযবা নাইদনা হেনগৎলকপনা পাংথোকপা ঙমলোয।

খন্নবিবা অসিদি তবায়থোক্লদুনা ভাবত মচেৎ তাহনবগী মায়োক্তা লেংদ্রবা মবম লৈবমই। খ্বাইদগী হেন্না কল্লবা খুদোংথীবা কোকহনগে হায়ববদি চপ মান্নবা শিনবা থুংবা অথুবা চাওখৎ থৌবাং দবকাব ওইহল্লবা বৃটিশ সবকাবগী পোলিসিনা মকওইবা মবম ওইদুনা ভাবতকী সমাজ অমসুং শেন্থুমগী ফীবম নুংশা থীবগী চাং য়ৌবকখি। ভাবত শিনবা থুংনা অচুম্বা কান্নগদবা প্লান তৌবনা হাযবিবা চাওখৎ থৌবাং অসি ওইবা য়াই; মসিনা তোঙান তোঙানবা শকক্কী অৱাৎপা শোখহৌববু মেনখৎপা ঙমগনি। অমতা ওইনা লৌববদি ভারত অসি খন্নবা চয়বা য়াবা চাংদা মপাঙ্গল কল্লবা, মশানা মতোম্মতা লেপচবা ঙন্নবা লৈবাক অমনি; অদুগা মচেৎ মচেৎ ওইনা মশামক লৌববদি শোল্লি, অমগা অমগা তেংবাংনদবা য়াদে। হায়বিবসিং অমদি খন্ন নৈনবিবশিং অসিনা মতম কয়াগী মমাংদা চুমলন্নবা লোয়ননা মতিক চাবন্নবদি হৌজিক মতমগী বাজনিতি অমসুং অর্থনিতিগী চাওখৎ থৌবাং অসিনা শকক অনি হেন্না কান্নবমগনি। নিংতম্বা লৈবাক অমা ওইনা লৈবদা অপীকপা ষ্টেটশিং, মফম কযাদা মাংখি; শেন্থুমগী মতমদা হেন্না চাওবা ষ্টেটশিংদা পুনশিনখি। পাকচাওববা নিংতম্বা লৈবাক অমা মযাম্না পুনশিন্দুনা শেম্নদি সোয়দ্রবনি; অদুগা ষ্টেট অমগী ৱাখলনা ষ্টেট ময়াম অমতা ওইনা পুনশিন্নবগী ৱাখল পোকহল্লি; মমৈথংদা মসিনা পৃথিবীগী অমতা ওইবা ফেডবেসন অমা ওইবকপগী আশা পোকহল্লি। অসিগুম্বা মতাংদা ভাবতপু মচেৎ তাহন্নিংবনা হৌজিক চথবকইবা ইতিহাসকী অমদি শেন্থুমগী চাওখৎ থৌবাংদা মায়োক্লবি। মসি য়ক লাওবা মংদ্রং ওইগনি।

অদুম্মদি ওইবগা থাবা য়াদবমখৈ দবকাব ওইবকপগী চৈথেং কনশিল্লকলবদা নত্রগা থৈদোকপা য়াদবমখৈ অৱাবা ইপাক্তা তাববদা পামলমদবা থবক কয়া য়ানিং যানিংদনা য়াবা তাবনি। সধাবন অমদি মবম চানা যেৎনা নৈনবদা তোঙা-তানা খায়দোকপা যাদ্রবা কয়া'মা ওইবকইবা ফীবম অমসুং তাঞ্জানা নমদুনা খাযদোকহল্লি। অদুগা বৃটিশ সবকাবগী মিৎচংদা থাঙ্গৎলকপা ৱাফম কযানা ভাবতকী তোপ-তোপ্পা অককনবা খায়দোকফমবু ফোংদোবক্তে। প্রোভিন্স অমসুং ষ্টেট অনিমক, মশীং অককনবা লেপ্পুনা থুগাযনবা, লম্বী অমা মখোয়না শেমলমই। মচেৎ তানা, থুগাযনবা মনিং থুংদবা কাংবু, শেঙ্গাও পায়বা (জামীদাবি) অমদি সমাজদা হন্দুনা তোননা লৈজবা কাংবুদা মখোযনা মথোযহল্লি ইনশিল্লি। হাযবিবশিং অদু, মখোয কনা'মতনা পামলমদে; মবমদি মখোয মদোম লেপচবা ঙমলমদে। অদুম্মদি ওইবগা মনিংতম্বা ভাবত সবকাব শেমগৎ শাগৎপদা মখোয়না খুদোংথীবা কযা পীবা ঙমলমই, ওৎপা ঙমলমই অমদি থেংথহনবা ঙমলমই। বৃটিশ পোলিসিনা মখোয়বু শৌগৎলবদি; মদু মখোয়নসু যানিংলবদি, মদুনা তাকইবদি মতম শাংনা (ভাবতপু) নিংতমহল্লোয হায়বনি। মখোয়গী পোলিসি অসি ঐখোয়না ফনা লৌবা ঙমদে; মখোয়গী পোলিসিগী তাংকক খুদিংদা তোখায তাহন্নবা, মচেৎ মচেৎ থুগায়নবতা ওইনা তৌই। মদুম তৌবোই হাযনিংঙাই লৈৱা, মখোয়না ৱাশকখিবদু ঙাকপা ঙমদ্রে হাযবা লৈপ্রৱা, মসিপুম্বগী ৱাফম কবিমতা য়াওদ্রবা নত্রা? মসিনা তাকপদি মখোযগী পোলিসি অসি লেপ্পা লৈতনা চথবা তাবনি। মসিনদি, ৱাফম অসি পাকিষ্টানবু চুন্নতা তোঙান্না খায়দোকপদা নত্তে, অতৈ মফম কযা'মা খায়দোকপগী ৱাফমদসু নত্তে; মসি ফত্তবা য়াবমখৈ ফৎত্রবনি; মদুদগী হেন্দোক্লুনা মশীং লাকঙমদবমখৈ মচেৎ মচেৎ তোঙান তোঙান খায়দোকপগী হেন্না ফত্রবা কয়াসু ৱাফমদুদা য়াওবি। ভাবতনা নিংতম্নবু, মসিনা, থুগায়নবগী চৈথেং লেপ্পুনা পীবি; লোয়ননা হান্নানা ৱাশকপ্রবা অদুমক পাংথোকপদা থিংবা চাওববা পঞ্জাও অমা ওইবি।

ষ্টেট কয়াগী প্রজাশিংনা নত্রগা মখোযগী মীহুৎশিংনা অমদি শেঙ্গাও পায়বা মশানা ৱায়েঙবিবা নিংথৌমচাশিংনা, ভাবত্তা লৈবিবা ষ্টেটশিংনা তুংদা ওইবক্লদবা ফীবেপ তানবা, ৱাবেপ অমতা তাবা লৈতে। নিযম অসিবু ঐখোয়না লৌবশিবা হাযববসু মদু ঐখোয়না নিংথিনা খন্নদুনা ফীবেপ তাপ্রবা, তত্তনসু হায়প্রবা পোলিসিগী মায়োক ওইগনি; লোয়ননা চহি মতম শাংনা মশানতা লৈঙাকচৈ পায়জনিংবা নিংথৌ কয়াগী শাসন মখাদা ৱানা খাংলকলবা, নিংথৌগী লৈঙাকলোন পামজবা প্রজাশিংবু লান্না লমজিংবা ওইনা থোক্লনি। ভাবতকী লৈঙাকলোনবু ডেমোক্রেসিদা (মশানা মশাবু ঙাকচবা লৈঙাকলোন্দা) ওনশিনবদা মখোয়গী মতেং ফংননবা ভাবত্তা লৈবিবা নিংথৌসিংবু তবাম তবান্না নিংথিনা লোযনজনবসু ঐখোয়না নোমশাদুনা লৈজবি, শক্তি চাওনা পাযবা বৃটিশ কুম্বা অহুমশুবা কাংলুপ অমা লৈত্রবনি, চিংনবা লৈতনা ঐখোয শোয়দনা মাই পাক্লনি। ষ্টেট কয়াদা নিংথৌগী শাসনবু বৃটিশ সবকাবনা শৌগৎপনা ভাবতকী নিংথৌমচাশিংনা

হায়বমই। মদুগী মকম থুপ্পা চহি কয়া চুপ্পা চখদুনা লাক্লবা বৃটিশ সবকাবগী পোলিসি য়াওবি; ভাবতপু তোখায় তোখায় তাহন্নবা পোলিসি অমদি জাত্তি অমা ওইনা চাওখৎলক্লবদা অমসুং নিংতমলক্লবদা ওইবক্কদবা শকক কয়াবু শৌগৎলবা পোলিসি যাওবি। মমাংঙৈগী মতমদা, চংশিল্লকপা খোংথাং খুদিংমক, অহানবদদি ইচম চম্বা অদুম্মদি ওইবগা হেক থুগায়বা যৈখায়বা ঙন্নবোইদবা ঙমখৈ অমদি মহৈনা (খং হৈববা মগুন্না) মতম পুম্বদা পল্লোন শানা কোযশিল্লমই।

ব্রাফমশিং অদুদগী থোক্কবা যাদদুনা থোবকপা ফল অদুমক মওং কবিমতা তাববোইদবনি হাযবসি ওইবা যাবা অমদি ওইদবা যাদ্রবা ব্রাফমনি। ঈশ্বরনা পীবকপা মীওইবগী জ্ঞান অমসুং মবৈবাক নুংশিবা মকওইনা ভাবতকী অমসুং পৃথিবীগীদমক্ত কবিনা ফগদগে খনবা, হেন্না চাওথোকনা খনবা ব্রাখলনা ভাবত্তা লৈবা ষ্টেটশিংগী নিংথৌ মন্ত্রি যাওনা, প্রজা পুম্বদা, চিংনবা লৈতনা অনৌবা ইথিন অমা পোকহনগনি। ঐখোযতদা শিন্নববসু, ঐখোয মশেল অমগা অমগা হেক উন্নবদা থাজনবা পোক্কনি; ব্রাফমগী (যেৎনববু) চয়েৎনববু মমুৎ তানা খন্নগনি অমসুং কাংলুপ খুদিংদা মাযোক্লবকপা অৰুবা মতাং খন্ন নৈনবক্কনি; অসুম্না মমুৎ তানা খন্নববা তুংদা, নুংথংনা যৈদুনা অমতা ওইনা পুনশিনবা ফল পুবক্কনি। ঐখোযনা ইতোম্মতা খন্নজবা ঙম্নবা হায়নবক্লবা ফাওবদা ঐখোযবু ঐখোযদা ওইনা হুন্দোকলমগদবা নত্তে। তোঙান তোঙানবা মওংদা খুৎ থিংজিন্দুনা খুৎলৌ পল্লৌনবা, অবেপ্পা খোংফমদা চেৎনা লেপ্পুনা মতম পুম্বদা যেংদুনা বৃটিশ সবকাবনা লৈবি। শাসনগী অমদি থবক্কী চুকলি পুম্বা খুৎচন্না থম্বদা নত্তনা অতৈ ষ্টেটশিংদা পোলিটিকেল এজেন্টশিংনা লৈদুনা লার্কশিনবগী অচেৎপা দায়ি লৌদুনা লৈ। প্রজা শাসনগী মতাংদা মতোমতা হায়না হুম্না পাল্লবা নিংথৌশিংনা, ভাইসবোয়গী হেক মখাদা লৈবা লৈঙাক খুর্জ্জি শাগোন্নববা ডিপার্টমেন্টশিংগী মখাদা তশেংনমক লৈবমই। বৃটিশকী থবও। নিংথিনা শিকাব তৌনা তশ্বীবক্লবা বৃটিশ মেম্ববশিংদা মকওইবা মন্ত্রিগী ফম কয়া'মা হাপচিল্লমই।

বৃটিশকী পুখৎলকপা ব্রাফমদগী থোক্কবা যাদদুনা থোবকপা থৌদোক কয়া'মা ঐখোযনা নাখৈদুনা নাম্বোক্লবসু, ভাবতকী নিংতম্বা লেপ্পনবা মতিক চাবা মবম লৈবমই, পঙ্গৎহন্নবগী মচাক মবাং কাযবমই লোযননা খুদোংথাবা কয়া থোকহনবা য়াবা অনৌ অনৌবা তমথীববা ব্রাফম অমসুং থৌদোক তত্তনা থোবকলমই। মীবোন অমা অমসুং অমগা মমাংদা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপা কাংবুগী ওইবা (ভোটব) ভোট থাদনবা কাংলুপ নাইনা শেম্বা হৌদোকলম্বনা ফওবা কয়া থোকহনখি; অসুম্না খংহন্দনবা, পংথহন্নবা লাকনবম্বা (মীশিং অদুবু) মী কাংলুপ অদুবু অবাবদা তাহন্নবা, অমদি মখা তানা কাংলুপ মচেৎ মচেৎ তানা ভাবতপু থুগাযবদা, লোযননা মচেৎ মচা শকক কয়া থোক্লা থুগাযবগা মদুগী ফল যেংনিংলম্বা কাংবুনা মখা তানা শাংথনা চথবদা, অকীবা পোকহন্নবা, হৌজিক্তি থোং লাওনা হাংলকলে। অসুম্না খোং হাংদোক্লবা শিনবা অসিগীদমক ঐখোযবু হৌজিক্তি বাশকউ হাযবে, মবমদি লাঞ্জাওগী বাফম্না কন্না তর্কশিল্লকলবা তুংগী লমদা চম্মান্নবা শুমজিন্দুনা থম্নদু যাবকত্রে। মতম চুপ্পদা বৃটিশ সবকাবগী মতেং পাংলক্লবা, বাজনীতিগী লমদা ইংনা কুপ্পা খং হৈববা ঐখোযগী বাজনীতিব্রালাশিংদা নওনা নেশনেল কঙ্গ্রেস ফাওবনা মখোযনা হাযবদু (লাঞ্জাও মতেং পাংনবা হাযবদু) তৌবা ঙমলোয় হাযনা মত ফোংদোকলমই।

অদুম্নদি ওইবগা, ভাবত মচাশিংবু অমতা ওইনা লিংজেল মান্নহন্নিংলবা কঙ্গ্রেসনা মীশিং যামজদবা কাংবুবু অমদি অতৈ কাংবুবু ফাজিন্নবা লাংতক্লবমই, লোযননা প্রজাশিংনা লাওথোকলবা মখোযগী অপাম্বগী মাযোক্তা থনক চথবা লম (লৈবাক) অদু ভাবত ইউনিযনগী মনুং চন্না লৈহল্লোয হায়নসু লাওথোক্লমই। তৌদবা যাদবা মতাংবু থোক্লবদি খাযদোকপগী নিয়ম ফাওবা কঙ্গ্রেসনা যাবমই। অদুম্নদি ওইবগা অমা নত্রগা অমা ওইববসু মদুবু থৌগৎপদি পামলমদে। ক্রিপ্সকী ব্রাফমগা মবী লৈননা ব্রাবেপ লৌবদা কঙ্গ্রেস ব্রার্কিং কমিটিনা হায়বমই, "কঙ্গ্রেসতি ভাবতকী একতা অমসুং নিংতম্বগা থানবা যাদ্রবনি, হেন্না পাক শন্না ফেদবেসনগী মতাংদা মীপুম খুদিংনা থা নবা যাদনা খন্নবকলবা মতমদা, মকওইনা হৌজিক্কী পৃথিবী অসিদা, অমতা ওইনা পুনবা একতা অদু কাযবনা, মদুবু পাম্বা খুদিংদা অৱাবা নুংঙাইতবা পোকহনগনি, খল্লু খল্লুবগা থোয়না হেন্না ব্রাহনগনি। অদুগা প্রজাশিংনা লেপ্পদুনা লাওথোকত্ত্রবা অপাম্না অদুগী মাযোক্তা, ইণ্ডিয়ান ইউনিয়নগী মনুংদা, কবিগুম্বা টৌবিটৌবি অমদা লৈবা প্রজাবু নমদুনা লৈহনগে হাযবা কমিটিনা খন্দে। নিয়ম

অসিবু যানবা মতমদা, মীয়াম পুম্বগী ওইবা অমগা অমগা তেংবাংনবা জাত্তিগী পুন্সি শেমগৎপদা, তোঙান তোঙানবা কাংলুপ খুদিংমকপু মতেং পাংবা যাবা অদুগুম্বা যানবা পুবক্লবা হোৎনবা য়াবমখৈ কর্মিতিনা তোৎনগনি। অনৌবা রাফম হাপচিনবা অমদি লমদম অমদা লৈজবা মকওইবা মীওই কাংবু কযাবু নমদুনা খুদুম চনশিনবা, অসিগুম্বা (অহোংবা) হোংদোক হোংজিন তৌবা যাওদ্রবতদা নিযম অদু লৌবা, যানবা, তার্বনি। অমতা ওইবা ইউনিয়ম মখাদা মপাঙ্গল কনবা জাত্তিগী ষ্টেট অমগা মায়না ওইবা য়াবা মপুং ফাববা নিংখা তম্না টৌবিটৌবি ইউনিট খুদিংমক লৈগনি। পীবা যাবা মতেং অমসুং য়ানবা, যাম্না দবকাব লৈববা মতমদা বৃটিশ রাব কেবিনেটকী মাইকৈদগী হৌজিক নোমলকইবা রাফম্না, ইউনিযন অমা শেমদুনা ওইবকপগী রাফম হেক লাকপদা লৈবাক মচেৎ তানা খাইদোকপবু শৌগৎপা লোয়ননা মচেৎ তানবা হোৎনননতম যেংলমই মবমসিনা লৈবাক অসি মচেৎ তাহনবা শোযদ্রবনি। কাংলুপ কয়া'মগী নিংবা অপাম্না থুংহনবা রাফম অদু শেম্বা ওইনা তৌই, তৌইগুম্বসুং মদুনা অতোপ অতোপ্পা থৌদোক কয়া থোকহল্লকপা যাই, তোঙান তোঙানবা কাংলুপকী মবত্তা যাওইববা অশংবা থুপচাননা লৈবা কাংবুনা ওৎ নৈবা তৌবকপা যাই, পুম্নমকসিগী মহৈনা লৈবাক অসিদা লৈবিবা প্রজা মীযামগী পুক্নিং মক ওইনা তৌফম থোকপা কান্নবা রাফম ফুম্নংনহন্দনা শেবান্নবা চিংশনাখবা শোযদ্রবনি।"

কমিটি অদুনা অসুম্না হাযদুনতা লৈনমই, "ঙসিমক থোকইবা চাওনবা থৌদোক অসিনি হৌজিক খন্নগদবদি, হৌজিমকী থৌদোক্লা কবম্নদা চুংদা ওইবক্কদনা খন্ন লৈনবদা কান্নবা ফংগনি।" মতুংদা ওইবক্কদবা থৌদোক্কী রাফম মখোযনা যাবা ঙমদ্রবসু, ভারতনা শোযদ ঙামদনা ঙাকশেন্নবা থৌদাং ভারতনা মাইবোং যানা লৌনবগীদমক, মখোয়না হায, যানবা অমা পুবক্লনা মখোযনা লাংতকনৈ। মতাং অসিদা আহংসাগী রাফম কাবিমত্তা যাওদ্রে, অদুগা মসিগা রাফম কাবওম্না মতাংদা পন্নবসু লৈতে। চুশেনমক, খন্নবা রাফমশিংগী মতুংদা মক ওইরবদি ঙাকশেনবগী থবক পুনবা ভারতকী মন্ত্রি অমা লৈবা রাবান।

লাঙ্গাওনা শোযদনা শবতপু মাং তাকহল্লগদবা অদু খল্লনগা তুংদা ওইবক্কদবা মবমদা হংবা বাতং মখায়না (কঙ্গ্রেসনা) নাথৈদুনা থমনংবা মতম পুম্নদা শেম শাদুনতা লৈনমই অদুগা লাঙ্গাওগী মতমদা মপুং যানা মতং পাংগদবা, জাতগী ওইবা সবকাব অমা শেমহীনবা হোৎনবদা মপুক্নি চংলমই, মসিনা মতাং অদুদা ওইবা কঙ্গ্রেসকা ফাবর্মান। বৃটিশ সবকাবগী অককনবা, তুংগীদমক শেম্না বাফম্না, মখল কযাগী খুদোংথীনিংঙাই ওইবা রাবৈ চেনবনা, ম খাযগা বাফমশিং অদু কঙ্গ্রেসনা যাবা ঙমখিদে। রাফমশিং অদু কঙ্গ্রেসনা যাদে হাযবা শেংনা খংবা মবম্না হার্যাবিবা বাফমশিংদ লৌথোকপা তার্বনি নত্রগা বৃটিশনা পামজবান হাযনা খংনবা মখোযনা থমজবা তার্বান। অদুনা হৌজিকমক মতং ফংনবগা লমদা, রাফমশিং অদগুম্বদি পৃশিল্লকপগী কান্নবা লৈতে।

হৌজকমক থোকইবা লাঙ্গাওগী মতাংদা খন্নকববদি বৃটিশ রাব কেবিনেটনা হৌদোকলকইবা বাফমশি অসি চম্মমনৈ, মপুং মরৈ ফাদে, অদুম্নদি ওইবগা ভারতপু ঙাকশেনবদি মপুং ওইনা বৃটিশ সবকাবগী মখৌনি হাযবা রাফম অদুর্তনি মযেক শেংনা য়াওরিববদি। লৈবাক ঙাকশেনবগী থবক নত্তবা অতৈ থবক পুম্নমক ভারতমচাশিংগী মখুত্তা শিন্নবগা বাফম, স্যাব ষ্টেফোর্ড ক্রিপ্সনা তওনা হায়বা বাঙাংদগী ওই। ইংলণ্ডগী নিংথৌগুম্না সংবিধানগী মকোক ওইনা ভাইসবোয়না চুম্না থবক পুবগী বাফমসু পল্লি। খন্নবা যাবা বাফমদি ঙাকশেনবগী (defence কী) মতা দান হাযনা রাফম অসিনা ঐখোযবু খলহল্লি। এখোযনা তৌফম থোকপাদ লাঙ্গাওগী মতমদা লৈবাক ঙাকপা কনবনা জাতও অমগী খ্বাইদগী মকওইবা থৌদাং অমসু তৌফম থোকপা মথী যাওবনি লোযননা পাক্লা শন্না তৌদনা যাদ্রবান। জাতও অমগী ওইবা শাসনগী তৌফম থোকপা থবক্কী লমদগী লৈবাক ঙাকপা কনবগী থবক পুম্বা লৌথোকত্রবদি (যাওদ্রবদি) তৌফম থোকপা অতৈ কবিমতা লৈহৌদ্রে। বৃটিশ কমাণ্ডব ইন চীফনা খুৎলায় পাযনা লাম্মী অমদি লাম্মানা তৌবা থবক পুম্নমক্কী খ্বাইদগী মকোক ওইনা লৈথবা, যানবম্মী। মদুদগী হেন্দোক্লনা নেশনেল গভর্নমেন্টকী ডিফেন্স মেম্বব অমসু থমগদবনি। হাযনা দাবী তৌবম্মী।

খব খন্ন-নৈনববা তুংদা, ভাবতকী মেম্বব অমগী মখাদা লৈ-ঙাকপা অফিস (defence department) লৈবা যাগনি হাযবদু স্যাব ষ্টেফোর্ডনা য়াখী; অদুম্মদি ওইবগা ডিপার্টমেন্ট অদুনা তৌগদবা থবক্তি ঃ– প্রজাগা মবী লৈনবা থবক, পেট্রোল, কান্টিন, চে অমসুং ছাপা নম্বা, মপান লৈবাক্তগী লাকপা মীশিং লৈনবা, সমাজগী মবী, লাম্মীগী নুংঙাইনবা শিনবা, অসিনচিংবা" থবক্কী মওংশিংসে শংজিনবা য়াবা ওইবদা নত্তনা ভাবতকী ডিফেন্স মেম্ববগী ফম অসি নোকনিংঙাই ওইবমই। মখা তানা অমুক খন্নবদা মওং খবদি তাবমই। মহৈ-মহৈ খন্নবিবা ব্রাখল অনিগী মবক্তা চাওনা হোবা অহোবা অমদি অদুম মবৈবমই; অদুম্মদি ওইবগা অনি অসি, ঐখোয়নসু চংশিনবা, খবখক নকশিন্নবকখি। যানবা অমা পুবকপা যাই' হাযনা ঐখোযনা অহানবদা খল্লমই, অসুম্না মখোযসু খল্লমই। লাঞ্জাওগী ফীবম্না লেপ্তুনা তকশিল্লকপনা পুবকপা, লুববা তানফমনা ঐখোযবু য়ানবা অমদা পুন্না পুবকখি। লান্দাবকপা অমসুং লাঞ্জাওনা থোকহনবা মাংতাকহনবনা লেপ্তুনা হেঞ্জিনলকলবদা, থোকপা অমা তৌদুনা মায়োক যাবা তাবমই।

মদুবু মাযোক যানবা তোঙান তোঙানবা নিয়ম লৈবমই; হৌজিক্কী ওইনা তশেংনা কান্নগদবা অমদি লৈবমই লোযননা মতুংগীদমক্তদি তৌবা যাবা কোঙ্গাই লৈবমই। ঐখোয়না অহানবদা খল্লম্না মতমদ হৌখ্রে হাযবা ঐখোযনা খংলে; মদুগী খোংচৎ তুংইন্না হৌজিক খুদোংথীবা কযা থোকপদু নত্তনা মতুংদদি থোযনা হেন্না থোনকপা যানা লৈবমই। অনৌবা খুৎশু খুৎলায লোযননা দবকাব ওইবমই; মখোযদুবু শীজিন্নানবা অনৌবা নিযম, ইনৌ নৌবা থৌনা, অনৌবা পাখল পবৈ লোযননা হান্না খন্নবম্না ব্রাখল, হৌজিক অমসুং তুংদা খেৎননা তোঙান তোঙানবা শক্তম লৌথক্কদৌবিবা তংদা ওইবক্কদবা থাজবা, হোংইবা হোংলক্কদৌবিবদুগী হৌজিকমক ফংলবা অচুম্বা থাজবা পুম্বসি দবকাব ওইবমই। ঐখোযনা খোইবাংবনা অফবতমক ঐখোয়না খল্লুই. কবিগুন্নদসু অকাওবা পোকহল্লি অমবোমদা বৃটিশ লৈঙাকপশিংগা ঐখোংগা তোঙান তোঙানলিবা অনিগী মবক্তা লৈবা ফুনঙমদ্রবা অহাংবা শকক্কী অপাকপা অমসুং অকবদু খুজিলহল্লমই। হৌ চা কযা চুম্না খংনদুনতা লাক্লগা খুদোংথীবা অমসুং মাং তাকহল্লবা মতমদা যানবা হাযবাসিমক ইবাই লাইবমক ওইনমদে, নমদুনা শক্তি শীজিন্নদুনা হৌহননা নত্তনা, মখুৎ চল্লবা লৈবাকপু খুদুম চেৎনা পায়বিবা খুংপাই, হক কোম্পাকহনবা হায়বসি, শক্ত পাযবা লৈঙাকপশিংগী মফমদা ইবাই লাযবা নত্তে। নমদুনা শীজিন্নবা শক্ত অমদি থাজহনবা অসি থৌদোক্কী তাঞ্জানা পুবকহনব্রা ' মদু ঐখোয খংদে; অদুবু মদু ওইবকপা হায়নদি আশা তৌই।

মদুবু ঐহাক্না য়াম্না থাজনা আশা হেক তৌবা মতমদা ওন্ন তৈনবা শক্তম খোবকপা হৌবমই। ইউ এস ৭ঃ গী নফম অমদা লড: হেলিফেক্সনা পা ঙাংবদা নেশনেল কঙ্গ্রেসবু হীনা পাযথৎলমই। লাপ্পনা আমানকাদা মহাক্না কবিগাদমক অদুম্না তৌববিননো, মহাক্না বৃটিশ সবকাবগী পোলিসি অমসুং অনিংবা, খংলম খংহাওনা, হাংলুবিবা মদ অচুম্না নত্ত, কঙ্গ্রেসকা য়ান্নবা অমা (বৃটিশ সবকাবগা) পুবকপা মতমদা মহাক্না ঙাংলুবিবা অদুম্না কবিগীদমক মহাক্না হাযবা ঙমাদ্রবনো, ভাইশবোয লর্ড লিনলিথগো অমদি সিভিল সার্ভিসকী অচৌবা যম্লাইবাশিংনা যানবা অমা পুবকপব শিখাং খাংনা যানিংলমদে মখোযগী কাযনা খংনখি। অশেংবা খংনদবা ব্রাফম কযা অমা থোকখি।

ডিফেন্স মন্ত্রিগা তৌগম থোনপা মথৌগী মবমদা অবোইবা ওইবা নিযম খন্নাবগীদমক ঐখোযনা অমুক হন্না ন্যাব ষ্টেফোর্ড ক্রিপ্সকা উন্নাখিবা মতমদা, মীযামদা খংহনখি মদুদি শক্ত পায়বা মন্ত্রি অমতা থমদবা তাবনা ঐখোয়না হন্না শান্নখিবা ব্রাবী পুম্বা কান্নবা শকক অমতা শোকখিদে। ভাইসবোযগী লৈবিবা কার্য্যকাব কমিটি অদু অদুম নৈথবা তাখি; বাজনীতি দলশিংগী মীগুৎ ওইনা হাযবিবা কামিটি (কাউন্সিল) অদুদা য়াওহন্নবা ভাবত মচা খবা হাপচিনবগী মতাংনি খন্নখ্রিবাশংদু। কাউন্সিল অদু কেবিনেটমক নত্তে, মদু ডিপার্টমেন্টশিংগী মকোক ওইবা মীওইশিং নত্রগা সেক্রেটাবীশিংগী কাংলুপনা; মদু লৈবাক ঙাকপগী শক্তি পুম্বদি ভাইসবোইনা ভম্না পায়শিল্লমই। আইনগী অহোংবা পুবকপদা মতম যাম্না চংগানা হাযবা ঐখোযনা খংলমই; মবম অদুনা মদুগীদমক্তদি ঐখোয়না তকশিল্লমদে; অদুগা কাউন্সিল অদু কেবিনেট ওইনা লৌদুনা মদুগী বাবেপ অদু ভাইসবোযনা য়াগদবনি হায়না খন্নবা যাবা মীফম অমা তৌনবা ঐখোযনা তকশিল্লমই। মদ ওইবা যাবোই হাযনা ঐখোয়দা মতমদুদা হাযবমই; লোযননা মসিমসু হায়বমই মদুদি ভাইসবোযগী শক্তিদি অইবা

অমসুং থবক্তা হোংদনা লেংদনা লৈগদবনি। ঐখোয়না হান্না শান্নখিবা ৱাবি পুম্বা তোঙানবা মওং অমদা ফৈবেংনবা ওইনা থোকপনা হায়বিবা অদু ঐখোয়না হবাওফম কবিমত লৈফম থোক্তবা মখোয়তগী ওইবা অঙকপা চাওখৎ থৌবাং ওইবমই।

লান্দাৱকপা থিংনবা ভাবতকী শক্তি; কবম্না, ঐখোয়না হেনগৎহনবা ঙমগদগে, হায়বা মতাং ঐখোয়না খন্ন-নৈনবমই। ভাবতকী লাম্মীনা ভাবত জাত্তিগী লাম্মীনি হায়না মখোয়বু খলহন্নবা হোৎনবদা ঐখোয়না লাংতক্লবমই; মদু ওইববতদা লান্দা মখোয়না মবৈবাক নিংবর্গী পুকচেন মথৌনা লৈগনি। লান্দাবকপদা মবৈবাক ঙাকননবা অনৌবা লাম্মী, হোম গার্ড, ভাবত প্রজাবু, লাম্মীমক নত্রবসু লাম্মীগী শিনফম তম্বীবা অসিনচিংবা শেমগৎ শাগৎলমই। অওইবমক মসি পুম্বা কমাণ্ডব-ইন-চীফ অমগী লমজিং মখাদা লৈহনবা তাবমই। ঐখোয়না শেমগৎ শাগৎলিবদু তৌবা য়াবোই হায়না ঐখোয়দা হায়বমই। ভাবতকী লাম্মী পুম্বা বৃটিশ লাম্মীগী শকক অমা ওইগদবনি মখোযবু ভাবত মজাত্তিতগী ওইবা লাম্মীনি হায়না খনবা নত্রেগা লৌবা যাবোই হায়বম্মী। ঐখোযগী লনাই ওইনা প্রজাবু সিফাইগী থবক তম্বীবা, হোম গার্ড শেমগৎ শাগৎপা লাক্লবিবা যাবক্কনি হাযবা যাম্না চিংনবমই।

মবম অসিনা পূম্নমক অসুম্না হোংদনা অদুম মবৈবমই; লৈঙাক পথাপকী শক্তম অমসুং নিয়ম হান্নগুম্না কবিমতা হোংদনা অদুম মবৈবমই; মীওই অমতনা পার্যশিনবা শক্তি ভাইসবোযগী মখুত্ত লৈবমই; ঐখোয় খবনা মখোয়গী ফীজোন শেৎপা কেম্পকী তুংইনবা ওইনা লৈবমই; কাপ্টিন অমদি মদুগুম্না থবকতমক তৌবমই। মিষ্টব অমেবিনা চহি অমা মখোযগী মমাংদা হায়খিবা অদুগা হৌজিক ওইবিবা অসিগা থোইদিং মখায অমফাওবা খেৎনদে অদুগা মসিমক ভাবতপু ইকাইবা পীবনি। থোকপা যাবমখৈ থোকপ্লবা তুংদা ৱাখলতগী ওইবা অহোংবা লাক্কনি হায়বদু অচুম্বনি; অদুনা মীতিন অমগা অমগা খেৎনগদবা / ভাইসবোযগী সিংহাসন, মতম চুপ্পদা, কোযশিনদুনা লৈবিবা মীনাই মচাশিংতনা অকনবা, তৌবা ঙম্বা মী ওইবমই।

কবি কবিগুম্বা মতমদা, মকওইনা মতম অসিদা, অসিগুম্বা ফম ঐখোয়না লৌবদি ওইথোক্তে, খনবা ফাওবা খন্দে। মদুমক তৌগে হায়না ইচং থৌনা চংশিল্লুববা ফাওবদা ঐখোয়গী মীশিংনা য়াবোই, তৌহল্লোয। য়ানবা এমা পুবক্লবা লাক্লবদা ঐখোয়না যাদুনা খুদোংচাবা খিত্তং পীখিবদা প্রজা মীয়াম্না লাওনবকপা ময়াম্না খংনবকপা অসি চুম্লবান।

স্যাব ষ্টেফোর্ড ক্রিপ্সকা লোযননা ঐখোয়না ৱাবী শানবকপা খুদিংদা মীশিং য়ামজদবা কাংবু অমাদি কাংলুপ মচাগী ওইবা ৱাফম, কবিগুম্বা মতমদা কাংথোক্লদে, খনবসু খন্দে। তাঞ্জা অসিদা মদু হৌদোকনদে মসি চুম্লবনি। তুংদা ওইবক্কদবা সংবিধানগী অহোংবা হোংলক্কদবা মতাং খন্নবকপদা মসি কান্নবা মকওইবা মতাং ওইবনি, অদুবু বৃটিশনা থাঙ্গৎলকপা ৱাফম ঐখোয়না ইহান হানবদা যানিংদবা ফোংদোকলবা মতুংদা, ৱাফমশিং অসি কারিসু খন্নবা তৌদনা নাকন্দা হেক্তা থৈদোক্লুনা থমই। খন্নবদা যাওইববা মীযামগী মবক্তা তোঙান তোঙানবা মী কাংলুপ কয়া'মা যাওবনা, লৈবাক ঙাকপগী শক্তি জাত্তিগী ওইবা শাসন ওইনা শিন্নবগী নিযম য়ানববদি হায়বিবা ৱাফমশিং অসি চিংনবা লৈতনা কাংথোকনবক্কনি। অদুবু হায়বিবা মতাং অসিগী যানবা পুবক্তবনা অতৈ ৱাফম থাঙ্গৎনদবনি লোযননা খন্নদবনি। ঐখোয়গী হায়বতবু মকওইবা পার্টিশিংগী থাজবগা লোয়ননা জাতিগী ওইবা শাসন পুবক্লবা ঐখোয়না যাম্না লাংতকনি, মদু ওইববতদা অমগা অমগা অথোয অতেন খন্নবগী মতাং কবিমতা থোকলোয লোযননা নুংঙাইনদবসু কবিমতা থোকলোয। কঙ্গ্রেসকী প্রসিডেন্ট, মৌলানা অবুল কালমজাৎনা স্যাব ষ্টেফোর্ড ক্রিপ্সতা ইবা চিঠি অমদা অসুম্না হায়বমই, "নঙোন্দা ঐখোয়না হায়বির্বাসিনি ঐখোযনা থাঙ্গৎলিবা ৱাফম অদু ঐখোয়গী ওইবা ৱাফম নত্তে, মদু ভাবতকী প্রজা পূম্নমক্না অমতা ওইনা যানদুনা তানবা ৱাফমনি। ৱাফমশিং অসিগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিং অমাদি পার্টিশিংগী মবক্তা খেৎনবা, যানদবা মতম অমতা লৈত্রবনি, খেৎনবা লৈবিবা হায়ববু ভাবত্তা লৈবিবা প্রজা মীযামগা বৃটিশ সবকাবগা অনিসিগী মবক্তদনি। ভাবত্রা লৈবিবা মত খেৎনবসি তুংদা ওইবক্কদবা সংবিধানগী অহোংবা শক্কশিংগা মবী লৈনৈ। ভাবত কনবগী হৌজিকমক থোকইনা চাওববা ৱাফমগী মবীদা পুম্নমক্না যানবা ওইবা য়াবা লিচিং অমা পাংথোকপা

যা৽বা, খন্নবিবা ৱাফম খন্নবসি মতম শাংনা যৈথোকপদা ঐখোয়না অয়াবা পীবি। ভারত্তা অমতা ওইবা য়ানববা মত পীববদা বৃটিশ সবকাবনা, ভাবতকী নিংতম্মা মবৈবাক ঙাকচববু থবক ওইনা পায়খৎপা থিংবা, ভাবতকী ওইবা মবম কয়া থিংবা লোয়নানা মী কোটি কযানা মবমদম ঙাকচনবা অন্না-অনা নংদুনা ঙসিমক অশিবগী খযাত্তা তাবগী চাওববা থৌদাং থিংবা অসিমক ওম্ব্রোক্লা অৱাবা অর্মান।"

কঙ্গ্রেস প্রসিডেন্টনা মখা তানা অবোইবা ওইনা ইবা চিঠি অমদা অসুম্না হায়বমই, "কঙ্গ্রেসনা শক্তি পায়বা, ঐখোয়না পামদে ঐখোয়না পার্ম্বদি ভাবতকী প্রজানা মনিংতম্বা লোযননা মখোযনা মবমদম ঙাকচনবগী শক্তি পায়জর্বান।
. যৈখায়নবা. মতম শাংথহন্নবা বৃটিশ সবকাবনা পোলিসি তৌবা তোকলর্বদি, মীয়াম প্রজানা পামলিবা অসি ফংনবগীদমক ভাবস্তা লৌবিবা বাজনিতি দলশিং কাংলুপ অতৈ অতৈ অসি অমতা ওইনা পুর্নাশিনগনি হাযবসি ঐখোযগী থাজর্বান। অদুগা নুংঙাইতবদি. খুদোংথীবগী চিল্লবা লকলবা মতমসিদা যৈখায়বগী পোলিাস বৃটিশ সবকাবনা থাদোকপা ঙর্মদ্রি। হেক যাবিবমখৈ চথাববা শাসন অসি কাযদনা চথবনা হেন্না মকওই হায়না লৌবা মখোযগী ৱাবেপ লোমদা ঐখোযবু পুশিন্নবা লাকনৈ, মখোয়না নিংইবদু যোংনা চু পায়বগুম চেৎনা পার্যাশিন্দুনা এখোয়গা মখোযগা যানদবা অর্মাদি লেবাক অসি নচেৎ কযা থোক্লা তাহন্নবা হোৎননবা লাকনৈ, ঐখোযগী ইথক্তা থবাক থবাক যান্দুনা লৌবিবা পাঞ্জাও অমদি ভাবত্তা লান্দাবক্কদবদগী মাইপাকনা ঙাকথোক্লবা হোৎনবদগী মথক্তা হার্যাবিবা অসিবুনা হেন্না মকওইবা ওইনা লৌবি। ঐখোযদা অর্মাদি ভাবতকী প্রজাশিংগী মফমর্দাদি ভাবতপু ঙাক শেন্দুনা তেক্ত কায়দনা থম্লনা ঐখোযগী মকওইবা খুনায়ম থোকপা বাযর্মনি. মসিগী ৱাখলদনা মপুং ওইনা ঐখোযনা অচুম অবান খন্নাবিবনি।"

ভাবত ঙাকপগা মবী লৈননা ঐখোযনা লেপলিবা ঐখোযগী ফীবম মহাক্লা, মানা ইবা চিঠি অদুদা শেংনা উত্তুনা তার্কাল: "কমাণ্ডব ইন চীফকী মশাগী লৈজফম থোকপা শক্তি লৈজনদা কনামতনা অথিংবা য়ানিংদনা হাহনলকপা লৈতে। তশেংবমক, মদুদগীসু হেন্না ঐখোযনা খঙ্গে, লাঞ্জাওগী মন্ত্রি অমা ওইনা মাগী লৈর্জাবিবা শক্তি মথক্তা অমুক্কা হেন্না শক্তি পীশনবদা ঐখোয়সু যানিংই পীনিংই। অদুম্নদি ওইবগা, ভাবত ঙাকপগী মতাংদা বৃটিশ সবকাবনা থাল্লবা ৱাখলগা ঐখোযনা পামইবা অসিগা অনিাসি অসুক্কি মতিক যাম্না থিনা খেৎনম্রে হাযবসি শেংলর্বান। ঐখোযগী মাইকৈদগী ঐখোযনা হায়বদি মসি জর্াত্ত অমগী মথৌদাং ওইহনগদবন ভাবত্তা লৈবিবা নিপা নিপী খুদিংমকপু কৌদুনা মসিদা শকক যাহনগদবনি। হায়বদি ঐখোয়গী প্রজা মীযাম্বু থাজগদবনি লোয়ননা হেক ঙম্বমখৈ মখোযগী মপুং ফাববা মতেং লৌগদর্বান। অদুগা বৃটিশ সবকাবনা খাল্লর্বদি ভাবত্তা লৈবা ভাবতকী প্রজাশিংদা কবি মখলগী থাজবা অমতা থমদর্বান লোযননা মখোয়দগী ফংবা য়াবা শক্তি পুম্না থিংর্জিন্দুনা থর্ম্বান। ভাবতপু কনবা ঙাকপগী মবীদা নখোযগী নিংথৌবেলগী সবকাবগী দাযি অর্মদি মহাক্কী পাক চাওববা মথৌ তৌফম থোকপা অদুতবু মখোয়না পামই। ভাবত্তা লৈবা ভাবতকী প্রজাশিংগী দাযি লৈহন্দনা মশাগী দাযি মশক খংহন্দনা হায়বিবা নিংথৌবেলগী মথৌ অমসুং দাযি অদুতনা মপুংফানা মহৈ য়াম্না মথৌ অর্মাদি দাযি পাংথোকপা ওইথোক্রর্বান; মসি মাংদা থোকখ্রবা থৌদোক্লা হৌজিকমক সাক্ষি ওইনা লৈবি। মীযাম প্রজাগী অপাম্বা মতুংইন্না অপাম্বগা লোয়ননা লান শোক্লদ্রবদা লান মাইপাকপা ঙম্লোয হাযবা ভাবত সবকাবনা খংদে।"

কঙ্গ্রেস প্রসিডেন্টকী অবোইবা চিঠি অসি ফংলবা তুংদা স্যাব ষ্টেফোর্ড ক্রিপ্সনা এবোপ্লেন তোংদুনা ইংলণ্ডদা অমুক হনখি। মহাক্লা ভাবত থাদোকাত্রিঙৈদা অমদি মহাক্লা হল্লক্লবা মতমদা মহাক্লা পব্লিক মীয়ামদা পীবা মাগী ৱাফম অদু অহানবদা ভাবত্তা মহাক্লা য়ানিংদবা উৎলন্না ৱাফমগা নিংথিনা তাইওন্নবমই। ভাবত্তা লৈবা (বৃটিশকী) দাযি চাওনা পুবা মীওইশিংনা মানা হাযবিবা অদুগী ওয় তৈনবঙাক ওইনা লৌববা ফাওবদা মাগী ৱাফম অদুবু স্যাব ষ্টেফোর্ড ক্রিপ্সনা হঞ্জিন হঞ্জিন হাযবমই।

বৃটিশনা পুখৎলকপা ৱাফম অদু কঙ্গ্রেসতনা নত্তনা অতৈ পার্টি মচা খুদিংমক্লা অমদি ভাবত্তা লৈবা প্রজা কাংলুপ কযানা যাবমদে। ঐখোযগী বাজনিতিৱালাশিংগী মবক্তা খাইদগী চম্না লৈজবা কাংবু ফাওবনা পুখৎলকইবা ৱাফম অদুবু যাদে। মুসলিম লীগ নত্তনা, যানীংদবগী মবর্মাশিং পুম্নমক্কী ওইনা ইমান মায়ে। মুসলিম লীগতি, মখোযগী চৎনবী অমা

ওইনা, মী অতৈনা, মখোয়না (মুস্লিম লীগনা) পামইবা অদুমক হায়রকপা ঙায়রগা, মখোয়গী ওইবা মরম পীদুনা পুখৎলকইবা বাফম অদু যানিংদবা উৎলমই।

কংগ্রেসনা যানিংদ্রিবসি, গান্ধিগা য়ান্নদবনা মরম ওইদুনা তৌবনি হায়না বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টতা অমাদি অতৈ মফম কয়াদা ঙাংনরমই। মসি পুম্নমক অচুম্বা নত্তে। পুখৎলকপা বাফমদা য়াওরিবা চপচারা উত্তনা মশাং লাকহন্দবা মচেৎ কয়ামকম থোক্লা থুগায়বা, মতুংদা ভারতা লৈবা ষ্টেটশংগা লৌরবা মীওই কোটি মরিফুতরাগা মচিন মেনাশিনবগী নিয়ম, মীপুম খুদিংমক্তা চপমান্নবা যানিংদবগুম্না গান্ধিনা যাম্না কম্না যানিংখিদে। মতুংগীকা ইনৎ নত্তনা হৌজিক অংগাংবা কয়া'মাগা মরী লৈননা, মথং তারা য়ানবা কয়া অমা, মথাক যাদ্রিংঙদা, পুবকপগা তাবমই, মতাংদা মাগী নিপাননা কয়া নাশিল্লকপনা য়াওদবা তাবমই, অদুগা পুবক্কদৌরিবা য়ানবা অদগী মতাংদসু মহাক্না হায়দি ঙাই তৌনা য় কারিবমং লৈরমদে। অহিংসাগী মতাংদা, তৌনখিবা থৌ...ক কয়াদসু কংগ্রেস বার্কিংগ মহাক্না যানাখিদ্রবনি, অদন্নাদি ওইরগা, লাঞ্জাওগী মতমদা মতেং অমগা অমগা পাংননবা, মদু ওইনা ভারতপু ঙাকপগী থবক পায়খৎনবা কংগ্রেস বার্কিং কমিটিনা জাতিগী ওইবা সরকার অমা লৈহনখিংলমই।

লাঞ্জাওনা মকওইবা বাফমনি, মীপুম্নমকসু খঙ্গিবরনকনি, অদুগা ভারতা লান্দাবরপা হায়রিসসু শোয়দ্রবনি। য়ানবা অমদা হেক তেশিন্নবা যাবা, লাঞ্জাও ওইরমদ, লাঞ্জাও মতাং অসি তৈ শিংলবা মীওইশিংনা খংনবা শোয়দ্রবনি, মসিদা চুম্নগী মীওইনা কবিস তৌবা য়ারোই। লাঞ্জাও ... নবগী বাফম অসিমক্তনা মরম ওইদুনা য়ানরাস পুনকপা ... লোয়ননা লায়না থোক্কদবনি। চঙ্গা চাবা বাফমদি জাতিগী ওইবা সরকারদা লৈঙাক্কী শক্তি শিন্নহনবনি। মসিগী বাফম অমসু, বৃটিশকী নিংথৌ পানবা সরকারগা ভারতকী মইরাক ... কাংবুগা খানগী মরক্ত মতম কয়াগী মনাদগা লৈরবনি, ... শোক্লগদ্রা শোকননবোইদ্রা হায়বা বাফম অসিনক ইংলণ্ডদা (শাসন) লৈঙাক পুরিবা কাংবুগা ভারতা লেপকোলবা কাংবুগা অনিনা কবি তৌবা তাবগে হায়বদু যাম্না খঙ্গিনংবা নত্তে। মখোয়গী (ইংলণ্ডগী লৈঙাক্লবা কাংবুগা) মরক্তা মিষ্টর উইন্সটন চার্চিলনা পনঙাকপা মীওই অমা ওইনা লৈরমই।

# মাপলশুবা পন্দুপ

## মাপলশুবা তাংকক

## মাইথীবা — নিংবা কায়বা

ক্রিস্পনা য়ানবা অমা পুরক্লবা তৌবদু তেনতক্লা তোকনখিবা লোয়ননা মহাক্লা (স্যার ষ্টেটকোর্ড ক্রিপ্সনা) খংহৌদনা খোংশানখিবা অসি ঙক্লা থোরক্লমই। হৌজিকমক থোকপা থৌদোক্কা মরী লৈননা, মতম কয়াগী মমাংদা হন্না হন্না হায়খ্রবা অদুমক অমুক্কা হন্না হঞ্জিন্না হায়হন্দুনা করিসু লৈতবা ৱাফমদু হৌদোকহন্নব্রা, বৃটিশ ৱার কেবিনেটকী মেম্বর অমা ভারত্তা থারকইবসে ? নত্রগা আমেরিকাদা লৈবা মীশিংগী মপুক্লিং চিংশিন্নবা মসি চুন্নদে তৌবিব্রা ? মসিদগী থোরকপা ফলদি কল্লমই লোয়ননা থোয়না হেন্না ফৎলমদে। বৃটেনগা য়াননবগী আশা অমতা লৈরমদে; ভারত্তা লৈবা প্রজা মীয়ান্না পামজরবা, লান্দারকপদগী মখোয়গী মরৈবাকপু ঙাকথোকচনবা ভারতকী প্রজাদা খুদোংচাবা অমতা পীরমদে।

তাল্লক অসিদা লান্দারক্লবগী খুদোংচাবা তাঞ্জা পীবা হেনগৎলমই লোয়ননা নোংপোক থংবা ঙমখৈ লান্না, চরাহেল্লবা ভারত মচা কাংবু কয়া ভোতলোমদা চেনশিল্লক্লমই। নোংপোক থংবা বেঙ্গলদা, লান্দারকলে খল্লুবনা মিহুন চেঙ্গুম চেঙ্গানদুনা তুবেন্দা লৈবা হি লাক্ষ কয়া মাংতাকহল্লমই। (অফিসকী থোরকপা হুকুমবু শেবান্ননা অর্থ লৌকদুনা মদু তৌপ্রিবনি হায়না কায়নথংদা শেংদোকলকখি।) পাকচাওরবা লম অদু পাল্লবা ইপাক্কী লম, ঈশিং লম্বীনা থল্লবা লমদম ওইনা তৌরমই; মরমদুনা চৎথোক চৎশিন তৌবদা হীতনা চৎপা তারমই। হী ময়াম মাংতাকহনখিবা অদুনা মফমদুদা লৈরিবা মীয়াম্বু অতৈগা মরী লৈনহন্দনা তোপ তোপ তাহল্লমই; চৎথোক চৎশিন অমদি হিংদুনা লৈনবা উপায় ককথৎলমই; লোয়ননা বেঙ্গলদা চাক তাংহন্নাবা মরুওইবা মচাক অমা ওইরমই। বেঙ্গলদগী মীয়াম থাদোকখিনবা শেমশারমই; অসুন্না বেঙ্গন অমদি খা-থংবা বর্ম্মাদা থোকখিবা অদুমক (বেঙ্গলদা) থোক্কদৌবগুম তৌরমই। সবকারগী অচৌবা থবক তৌবা অফিসারশিংনা ইখং খংহৌদনা চেনখিবা অদু তান্নরকপা ওইনা জপানগী জহাস কাংলুপ অমা লাক্লে লোয়ননা হীথাংফম থুগায়খিবা য়াবা লৈ হায়না শেংনফাওবা চুমই খংদবা, (কায়নথংদা অরানবা ৱাফমদা খংনরকপা) তোকঙা অমা মাদ্রাজদা (মাদ্রাজ সহরদা) শন্দোবকখি। ভাব তাদবদগী ভারতকী শাসন্দা থবক তৌবা কাংবু নুংশা থিনবমই। ভাবতকী নিংতম্ববু নমথখিবনা ইরাং অদু তেন্না কনখৎহনখি।

ঐখোয় করি তৌবা তারম্বগে ? ভারতকী করিগুম্বা মফমদা ইংনা লান্দারকপা অদুবু ঐখোয়না খাংবা ঙমফম থোক্লমদে। খুৎলায় পায়ববু থিংবা হায়বা অসিমক মখোয়না থৌফম থোকপনা খোংমী লান্মী অমদি নোংথক-লান্মীগী তৌফম থোকপা মথৌনি। ঈশিং ঈচাওগী মতৌগুম আমেরিকাগী মতেং ফুজিল্লকখি মকওইনা নোংথক্কী লান্মী অমদি এরোপ্লেন ওইনা ফুজিল্লকখি; অসুন্না লান্মী ফীবেপ্তা তপ্না তপ্না অহোংবা অমা লাকখি। প্রজা মীয়ামগী মপাঙ্গল হাপকত্তুনা, হেক ঙমইবমখৈ লান্দারকপবু থিংননবা, অকীবা, খংদ্রবা মথৌনা হাপ্তুনা নিংইবা পান্দম অদু ফংনবা সহরদা লৈবা মীয়াম প্রজাগী লান্মী, হোম গার্ড অমদি অসিগুম্বা কাংলুপ শেমগত্তুনা ইরমদমগী মচিন থংবা শরুক্তা ওইরকইবা ফীবম হোংহন্নবা উপায় মঙাইরমই ঐখোয়না তৌবা ঙম্বা হায়ববু। হায়রিবা অসিমক পাংথোকপদা, বৃটিশকী পোলিসিনা ঐখোয়বু অকীবা ফংনা লুহল্লমই। (লৈবাক অসিদা) লান্দবক্তিগুঁ মমাংদা চপচানা সিফাই ওইদবা ভারত মচাদা নোংমৈ অমতা পীরমদে; খুঙ্গং খুঙ্গংদা খুৎলায় পায়দুনা, মশাবু মরৈবাকপু ঙাকথোকচনবা কাংলুপ শেমগৎপবুসু থিংলমই লোয়ননা নমথরমই। মীয়াম প্রজানা লান্দাবকপা থিংন-নবা শেমগৎ-শাগৎপবু থৌগৎপদি লায়রদুনা মসুন্না শেমগৎ-শাগৎপবু বৃটিশকী অঙম্বশিংনা

কীরমই; মরমদি অসুক কুইরবসি মশানা মশাগী মরমদম্বু ঙাকশেঞ্জনবা শেমগৎ-শাগৎপনি বৃটিশকী শাসনবু খুদোং থীহনগনি অমদি থাজদবা পোকহনগনি হায়না খন্দুনা অসিগুম্বা শেমগৎ শাগৎপবু মতম কয়াগী মমাংদগী য়ৈথদুনতা লাক্লিবনি। মহৌশাগী ওইবা কুইরবা পোলিসি মখোয়না ইন্দুনা ঙাক্তুনা লাক্লি; মবমসিনা মসিদা মখোয়না তৌগে হায়না তৌরবদা প্রজা মীয়াম্বু থাজবা জাতিগী ওইবা সরকার অমা লৈবদুদা য়াগে হায়বা মঙাই, মদু তৌরবতদা মরৈবাক ঙাকচনবা প্রজা মীয়াম্না শেমগৎ শাগৎচবা য়াগনি। হায়রিবা জাতিগী ওইবা সরকার অমা লৈহনবা হায়বা অসিমক তশেংনা মখোয়না য়ানিংদ্রবনি; মসিগী মতাংদা কৈনৌ ব্রায়েন তৌবা ঙম্বা নাকন অনিমক্কী ওইনা শান্তাইবা ঙম্বা কনা অমতা লৈরমদে। অশেংবমক, ভারত্তা লৈবা প্রজাবু করিগুম্বা মখলগী থবক অমতা তৌবা ঙমহনদবা, মখোয়না নিংবা মতুংইন্না ঈশিন্নবা য়াবা, মথৱাই, য়াওদ্রবা মান-চাংগুম, লৌবসি মখোয়বু হৈনহনম্ব্রবনি। ১৯৪২ গী এপ্রিলগী অবোইবা শকক্তা ফমখিবা ওল ইণ্ডিয়া কংগ্রেস কমিতিনা, মখোয়গী পোলিসি অমদি মিৎয়েংবু থম্মোই শোক্লা লাওথোকপগা লোয়ননা হায়খি মদুদি ভারত মচানা তৌবা থবক খুদিংমক মীরৈবাক্কী অঙম্বশিংনা মীনাইগী থবক ওইনা লৌববা অদুগুম্বা মখোয়গী মিৎয়োং অমসুং থৌবম্বু কৈদৌঙৈদসু য়ারোই, ইল্লোয়।

অদুম অদুম ওইনমক, শোয়দনা থোক্লগদবা অৱাববু য়েংবা মপাঙ্গল য়াওদ্রবা ভাবক অমা ওইনা ঐখোয়না তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্লোয়। লান তারক্লবদি ঐখোয়না করি তৌবা তাবগে হায়বদু ঐখোয়গী প্রজা মীয়ামদা, মশীং লাকঙমদ্রবা ভারতকী প্রজাদা ঐখোয়না পাওতাক পীবা তাবনি। বৃটিশকী পোলিসিবু প্রজা মীয়াম্না য়ানিংদ্রবসু বৃটিশ অমসুং বৃটিশকী মীচংনা, লৈবাক কন্নবগী পায়খৎলকপা থবক্তা প্রজাশিংনা য়ৈথায়বা পীরোইদবনি হায়না ঐখোয়না প্রজাশিংদা হায়বমই; মবমদি মদু তৌরুবনা য়েক্লবা লান্দারকপশিংবু নাকোয়ননা মতেং পাংবা ওইনা থোক্কনি। অমা ওইরবসু অমবু ওইববসু লান্দাবকপশিংদা চংজবোইদবনি, নত্রগা মখোয়গী য়াথং ইল্লোয়দবনি, নত্রগা মখোয়না উৎলকপা থৌজান যাবোইদবনি হায়না মখাতানা প্রজাশিংদা হায়রমই। লান্দারকখিবা লাম্মীনা প্রজাগী য়ুম ইংখোল অমদি লৌফম লৌশিনগে হোৎনবকলবদি শিদ্রিবা ফাওবা থিংগদবনি। য়ানিংদবা অথিংবা উৎপদা শান্তি ওইনা ইংনা চম্থগদবনি; মখোয়দা তেংবাং পীদবগী স্বাইদগী মপুং ফারবা মওংদা থিংগদবনি।

অহিংসা অমদি অসহযোগকী পাম্বৈনা মখুত্তা খুৎলায় পায়বা য়েক্লববু থিংবা হায়বসি মখোয়দা (প্রজাশিংদা) ওইথোক্তবা মওং অমা ওইবনা, ঐখোয়না হায়রিবা ৱাফম্বু অথিবা ৱাহৈ ৱাতা শীজিন্নদুনা, প্রজা কয়া'মনা য়েৎলমই। ওইথোকপা ওইথোক্তবগী ৱাদি থম্বু থমখিসি মসিতনা অমতা ঙায়রবা উপায়নি, য়াম্না মপাঙ্গল কল্লবা পাম্বৈনি, ঐখোয়ন মীয়াম প্রজাগী হায়ববু। হায়রিবা ৱাফমসি খুৎলায় পায়বা লাম্মীদা হায়রমদে অদুগা খুৎলায়না থিংবগী মন্থত্তা খুৎলায় য়াওদনা থিংবগী ৱাফম মখোয়দা (লাম্মীদা) করিমতা হায়বমদে। ঐখোয়গী খুৎলায় পায়বা লাম্মীনা মাইথিবা নত্রগা য়েকনবগী মখুত্তা তাম্লবতদা মখুত্তা করিমতা পায়জদ্রবা ভারতকী প্রজানা মকাই মকাই লান্দারকপা; কাংবুগী মখুৎ চল্লবতদা প্রজাশিংনা তৌগদবনি হায়না হায়বা ৱাফমনি। য়েক্লববু থিংনবা নিয়ম মখাদা খুৎলায়পাইবা লাম্মী শেমগৎপাদা নত্তনা গোরিলা কাংলুপ (নিয়ম মখাদা শেমগৎপা নত্তবা লাম্মী কাংবু) শেমগৎপা য়ারমই। মসি ঐখোয়দদি ওইথোক্লমদে, মরমদি মসি শেমগৎপদা তম্মীবা, খুৎশু খুৎলায় লোয়ননা নিয়ম মখাদা লৈরবা লাম্মীগী মতেং তঙাইফদনা চংলমই। গোরিলা কাংবু কয়া'মা শেমগৎপ্রবা তুংদা প্রজা কয়া অমসু লৈহৌরি। মহৌশাদগী হৌনা চৎনরকপা মতুংইন্না প্রজা মীয়ামদি য়েক্লবদা চৎশিল্লক্তুনা লৈবাক লৌশিল্লরবদা, মদু শোয়দনা য়াফম থোকপা হায়না নিংই। লাম্মীশিংনা অমদি অচৌবা ফম্নাইবশিংনা মাইথিনা হন্দোকপ্রবদা প্রজাশিং অমদি অপীকপা ফম্নাইবশিংনা য়েক্লবরোমদা চংজগদবনি হায়না কীহল্লবা লম কয়াদা লৈবা ভারতকী প্রজাদা বৃটিশ সরকারনা পাওতাক পীরমই।

ইংনা হাদনা মতেং পীদবনা তকশিন্দুনা চংশিল্লক্লিবা লাম্মীবু থিংবা ঙম্লোয় হায়বা ঐখোয়না য়াম্না শেংনা খংলমই। লান্দারকপা লাম্মীবু হিংগে নিংলবসু মখোয়বু থিংবদা প্রজা মীয়ামদা লুনা থোক্কনি হায়বসিমক ঐখোয় মুম্না খংই। অদুম্নদি ওইরগা, য়েক্লবনা খুদুম চল্লবা সহর নত্রগা খুঙ্গংদা লৈবা মীকোকথোংবা মীওইশিংদি য়েক্লবশিংদা চংজবা

যাবোই হায়না নিংই, মদুত নত্তনা মখোযদি য়েক্রবগী যাথং ইল্লু হাযবা যাবোই, চান-থক্লবা চিঙ্গাক ফংনবা মতেং পীবা যাবোই লোযননা য়েক্রবনা হাযবিবমখৈ মখোয়না যাবোই হায়না নিংই। মসিনা তাকপদি মখোয়দু খুদক্ত দণ্ডি ফংবা শোযদ্রবনি, মকওইনা হাৎপগী যাব্দুনা লৈবর্বদি অদুগা লৈবাক অমনা লৈবাক অমদা লম্নন শিংবা হাযবসিসু অমনা অমবু খুদুম চনবা মতমদা মহৌশানা তৌগল্লি। ভাবতকী অতৈ মফম কয়াদা নত্তনা মবী লৈনবা লৈবাক কয়াদা লৈবিবা মীযামদা; অকনবা চৈনা ফাওহল্লবা, চংজৌ হাযবা য়াদবা, অথিংবা মী কয়াবু নত্রগা খবদবু ওইববসু হাৎপা হাযবদি শোযদ্রবনি হায়না ঐখোযনা নিংই। অদুম ওইনমক অথিংবা অমা পীনবা জাতি ওইবা থৌনা অর্মদি শেমগৎ শাহৌনিংই।

হৌখ্রবা থা খবদা, অফিসনা পীবা অথিংবগী মাযোক্তা চিঙ্গাক্কী কমিটি, ইশা ঙাকথোকচনবা কাংলুপ কয়া সহবদা অর্মদি খুঙ্গংদা ঐখোযনা শেমগনি। চিঙ্গাক্কী সমস্যানা ঐখোযবু ব্রাহল্লমই; লাঙ্গাওগী ফীবমনা কনশিল্লকপনা চিঙ্গাক পুথোক পুশিন তৌবগী খুদোংথীবা হেনগৎলকপা তাবনা মদুদগী থোবক্কদবা অব্রাবদু ঐখোয়না কীবমই। মসিগী মতাংদা সবকাবনা কবিমতা থৌশাদনা তৌগদবা নিংঙাইদনা লৈথোক্লমই। হৌজিক মতমগী পুথোকপা পুশিন তৌবগী খুদোংচাবনা য়াবক্রবদা থাযনগী ওইবা উপায, ষনগাউীনা পোৎ পুথোক পুশিন তৌবগী থৌশিনবু হেনগৎহন্দুনা, মকওইনা খুঙ্গংগী লমদমশিংদা ইশাগী ওইবা কাংলুপ কয়া শেমগৎ শাগৎনবা ঐখোযনা হোৎনবমই। নোংপোক মাইকৈদগী লান্দাবকপদা চীনাদা থোর্কখিবগুম্না নোংচুপ লোমদা, খংহৌদনা, মশীং লাকঙমদবা লাঙ্গেনবা অর্মদি চংজবকপা মী কয়া'মা হাজ্জিল্লকপগী ওইথোকপা লৈবমই। মখোযবু তবাম্না ওক্রবা লোযননা ফীবোন চীঙ্গাকনাচংবা পীনবা ঐখোযন ইশানা শেমশাদুনা লৈবমই। সবকাবগী মতেং য়াওদনা মসিপুম্না শেম শাবদা যাম্না লুবদা নত্তনা ওইথোকপদা বানা থোর্কানিংঙাই ওইবমই; অদুমকপু ঐখোযনা ঙম্নমখৈ হোৎনবমই। থবকশিং অসি পাংথোকপা মতেং ওইনবা, মগী মাগী লমদা থোবক্কদবা অব্রাবা ঙাকথোক্লবা লোযননা ইংনা মবা তপ্পা লৈনবা, ইশা ইশানা ঙাকথোকচনবা কাংলুপ কয়া শেমগৎ শাগৎপা তঙাইফদবনি। অবাপ্পা লমদমদা বোম থাদবা অর্মদি লান তর্কশিল্লকপগী শন্দোকপা যাওনা, প্রজা মীযাম্ন পুক্লিং মিপাইহল্লি; মসি থোক্তনবা শিনবসি মকওইনা তৌদবা যাদ্রবা থৌদাংনি। মসিগী মতাংদা অফিস্রা পাযখৎলকইবা থৌদাং মতিক কবিমতা চাবমদে, মখোয়না তৌবা থবকপু পেন্দবা অর্মদি থাজদবগা লোযননা প্রজা মীযাম্না যেংলমই। খুঙ্গংগী লমমদমশিংদা ডাকু চাকাতিগী থবক হেনগৎলকখি।

লাকঙমদনা পাক চাওববা থৌবাংশিং ঐখোযনা পায়খৎলমই; অদুবু মদুদা মখোযনা কান্নবা ফংবদি খজিক্তনি; ঐখোযনা তৌবিবা অসিদি ঐখোয়গী মাংদা মযোক্লনা লৈবিবা অকিবগী সমাস্যানা থল্লবা শকক্তা খবদংদা খোবি খোবাং চিংশিনর্বনি। সবকাবগী থৌবিগা প্রজাশিংগীগা অনিগী মপুংফাববা সহযোগ লৈববতদা অথোইবা মপুংফাবা ফল লাক্কদবনি; অদুবু মাদুগী ওইথোকপা কবিমতা লৈবমদে। মসি থম্মোই কায়নিংঙাই ওইবনি মবর্মদি খুদোংথীবনা ঐখোযগী ইথক্তা নল্লবদা, পায়খৎপা যাবা থবক (সবকাব) পাযখৎক্কদ্রা হায়না ঐখোযনা আশা অমগা লোযননা খঞ্জবমই; অদুবু ঐখোযগীদমক কান্নবা থবক অমা পায়খৎপিদে। খংহৌদনা থোকপা মাংতাকহনবা অর্মদি অব্রাবা থৌদোক্লা খোংজেন যাংনা ঐখোযবোম অম্না চেনশিল্লকখি মতমদুদা ভাবতনা উপায় লৈতনা, মপাঙ্গল যাওদনা, নুংশুক নুংজাননা, তৌফম লাকপফম খংদনা তিংঙক মাঙক চানা লৈবমই লোয়ননা য়েক্রবা কাংবুগী অর্মদি মীবৈবাক্তগী লাকপা লাম্নীগী চাযনপুং ভাবতনা ওইবমই।

লানবু ঐহাক্লা অসুক্কীমতিক তুক্কচবমই অদুবু জাপান্না ভাবত্তা লান্দাবকপগী ব্রাখলনদি ঐহাকপু কবিমতা কীহল্লমদে। লাক্লিবা লাঙ্গাওনা ভাবতপু কীবনা থক থক নিকহল্লবসু ঐহাক্লা খনবমখৈ খল্লুবগা, অবোয়বদা, লাক্লিবা লাঙ্গাওনা ব্রাখল অমবোমদা ঐহাকপু পুক্লিং চংনা নুংঙাইহল্লমই। মবমদি বৃটেম্না ঐখোযগীদমক্তা, ইংনা লৈবোন চন্নবা, তৌথোক্লবা কোমনুংদগী (ভাবতকী) প্রজা কোর্টি কয়াবু চিংথোকহৌবা য়াবা প্রজা মীয়ামগী মশাগী ওইবা জ্ঞান অমদি অকীবগী মশক ওইববা থৌনাগী ঈহৌবু ঐহাক্লা পামজবমই। হৌগ্রবা মতম কয়াদা য়োংনা চু পাযবগুম মখোয়না পাযবম্না খল্লম্না ব্রাখলবু অবোনবনি উৎহন্দুনা অমদি কবিসু নত্তবা বাজনিতিগী মতাংদা ইবাংলাংনা অমগা অমগা খৎনবম্না, ঙহাক্কী ওইবা কান্নদ্রবা

কা হেন্না পংহায় হার্যজিনবা, মখোয়গী লু-তোংদা পক্লা থাদোকপা লৈতনা খনবা, রাখল, কাবমতা কান্নদবানা খংহন্দুনা, হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা অশেংবা তৌফম থোকপা ফৌদোক মাইপুন্না, কবিগুম্বা, খবনা, মখোয়বু মযোক যাহল্লমই। হৌখ্রবগা মথী তৎনবা য়াদে, অদুম্মদি ওইবগা, মাদুনা ঐখোযগী হিংনিংঙাই ওইদে; হৌজিকসু মুন্না খংদোক্লনি, তুংগী বাখল তৌগনি। অহোংবা নাযবা পুন্সিগী খোংচৎনি অদুনা, তৌজিক অমসুং তুং অনি চান্নহনগনি (খোংলোয়নহনগনি) লাঞ্জাওগী খবচতি চাওই অদুবু কবি ওইবক্লদবা হাযবদি অমর্থনা। লাঞ্জাওবু ঐখোযনা থীকবা নত্তে; কবিগুম্না থোবক্লবাদি মসিনা জাতিগী অমতা ওইবা লিচিংবু কনার্হল্ল লোযনানা অনৌবা পুন্সি শাৎকাইনাবা তম্বা মক ওইবা নাম্নবা লৌশিং ঙানবু ফংহল্লি। মীশিং লাকঙমদনা শিবা যাই, মসি শোযদ্রবনি অদুবু চাক তাংবদা চাব ফংদদুনা শিববদি লান্দা মাইওন্দনা শিবনা ফৈ, কান্নদ্রবা রাববা পুন্সিনা ইবাক্লদুনা হিংগদবগী শককপুদি শিবনা থোযনা হেন্না ফৈ। শিববতদা নৌনা পোক্লনা, কবন্না শিফম থোকপগে খংদ্রবা মী অমদি জাতি অদু কবন্না হিংফম থোকপা খংদ্রবনি।

"শিববতদা পোকপনি"। "ট বি উনা কেল্লগা উনৌ উয়োন চোংবনি"।

অদুগা ভাবত্তা লান্দাবক্লবসু মদুনা ঐখোযদা নুংঙাইবা অমতা পোকহন্দে; নুংঙাইনা হৈনিংহনবা ইখল অমা পীদে. অরাঅনা অশিমনা কাওববদা ইশামকপু ইশানা কাওথোকই, অদুবু নিংতম্বগী মবমব্দি কাওবা যাদে লোযনানা তুংদা ওইবক্লদবা ফীবমগী শক্তমদি পুন্নমক্কী বাংমদা তাদুনা লৌবি। অবা অনাতনা ঐখোযগী শকক ওই, থোক্লক্লদবা খুদোংথীববু খংজিজল্লুবনা ঐখোযগী রাখলগী মিৎযেং থৌর্হল্ল লোযনানা অরাবা থোয়না হেনগৎহল্লি, মাসমন ঐখোযনা কোকহনবা ভুম্বগী পাঙ্গল ঐখোয়গী লৈতে। শোযদনা থোক্লকগদবা, নাম্ভোকপা যাববোইদবা অরাবগী বাখলনা ঐখোযবু ফাক্তিন্দুনাখনমই; অবাবসি চুম্নদগী ওইনা ইশাদগী নত্তে জাতিগাসুনা।

কনানা ভুম্বা কনানা মাইথিবা; লাঞ্জাওদা মাইপাকপা নত্রগা মাইথিবনা কবিসু তৌবা যাদে। ওাম্নস শাওনা লানভুম্বসু ঐখোযনা পামদে, মবর্মদি মদুনা শোযদনা খুদোংথীবা থোকহনগনি অদুগা ভাবত নত্রগা ভাবতকী মচেৎ অমা ফাওবা জাপান্না লৌর্হন্নিংদে চংর্হন্নিংদে। মদু থোকপা অমা তৌদুনা, থিংবা তাবনি, মসি তত্তনা ঐখোযনা প্রজাদা নিংশিংবা তাবনি; অদুগা মসি পুম্বা অসি ওন্নতৈনবা ঙাক্লি। লান অসিনা কবি অফবা পুবক্লনি তুংদা কবি থোবহনগনি। মসি অরাবা খুদোংথিববু হন্না হন্না থোকহনবা ওইনা তৌব্রা, মীওইবগী রাখলনা লাম্বা ফংবগী বাংমদা খংহৌদনা প্রকৃতিনা থোকহনবা অরা অনাবা? ভাবতকী লাইবক্তা কাব তন্নিগবা?

চহি অসিগী মমাংদা তাইবং বিদায লৌবমদাইদা রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা হাযবম্বা, অবোইবা যাহপ তানম্রবদা লৈহৌবা সম্প্রতি যেম্ভোকপা হাযবা রাফমদু মতাং মসিদা ঐখোযনা নিংশিংই, "... . .... শাবমাংৎ তেনা হিংলোবনা তৌশিন্নবম্বা পুম্বা থাদোকখ্রে; খুমজিন্দুনা লৈবম্বা অশাংবা মচিনতুম্নবা ভুইযা অনি খিগত্তুনা মাং তাকহনবা হনাওংযাম্বা কুম্মে উত্তুনা মীওইবগী তোংশা শেগাযনবা হোৎনবক্লে। পৃথিবীগী মচি অমদগী অতোপ্পা চিদায অমা যৌনা, লুশিনহন্দবগী ছ চেল্লবা মনম থাদোক্তুনা অতিযা পুম্বসি মনম মম্না কুপাশনহনখ্রে। নোংচুপ হাবমগী সাইকোলোজি মতুংইন্না মতম খবা শিথবদুনা লৈবা খংনবা-চৈননিংবা, রাখল অমদি মবিংজেন্না মীওইবগী মহৌশানা লৈজবা অফবা গুনবু ফওবদা শিজিন্নহন্নবা মথুম মবাং হৌহল্লক্লে।"

"লাইবক্কি তত্তনা লৌবিবা চক্রনা, নোংমদি শোযদনা ভাবত সম্রাজবু সাহেবশিংনা নমদক্লনা থাদোকহনগনি। অদুবু মখোয়না থাদোক্লমগদৌবিবা ভাবত অদু কবম্বা ভাবত ওইবিগবা, কযাদা কনাথ্রবা তমথীববা লাইবক্লো? চহি চা কয়া চুপ্পা পায়বম্বা শাসনগী ইচেন্না কায়নথংদা খংনা চেল্লক্লবাদা অমোৎপা ফত্তবা লৈখোমকী কবম্বা শক্লক্লো মখোযনা শুন্দোক্লগদৌবিবা অসিবু? ইউবোপকী ময়াইমক্তদগী চাওখৎপগী লেপ্পা লৈত্রবা ইফুৎ অমা অতৎ অখম লৈতনা থোবক্লনি হায়না মতম অমদা ঐহাক্লা থাজবমই। অদুবু ঙসি ঐহাক্লা হাইবংপানবদগী বিদায় লৌবমদাই মতম অসিদদি ঐহাক্লা থাজবম্বা পুম্বা অবেম্বা তাখ্রে।"

"ঐহাক্না মাইকৈমবিদা য়েংলকপদা মতম অমদা চাওখৎলম্বগী অতেক অকায় ফত্তহৌদিনা পাক্লা শম্না মঁপে মঁপে পৈদুনা লৈবতমক ঐহাক্না উই। অদুম ওইনমক মীওইববু থাজদবগী তমথীনা চাওববা পাপ অদুমক্তি ঐহাক্না লংশিন্নিংদে। অৱাবা শক্তম খংহৌদনা লোযশিন্দুনা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা থবক্তা মাইপুনবকপা খোংজংগী ঈহৌনা নোংমদোন অতিয়া অসি তবং তবং শেংলকপা মহাক্কী (মী অসিগী) পুন্সিগী ইতিহাসতা অনৌবা পন্দুপ অমা চংশিল্লক্তুনা হৌবক্কদবদুবু ঐহাক্না ঙাইনা ঙাইনা য়েংলি। নুমিৎনা তত্তনা থোবকইবা নোংপোকথংবা আতিয়া মকোয়-চিদায়দা অদুগুম্লবা চীংখৈ ফিদুপতু শোয়দনা হুল্লক্লগনি। অৱাবা পঞ্জাও কয়া লৈদুনসু মী অমা ওইবগী ফংফম থোকপা মিংচৎ অমুক কায়দনা তানশিন্নবা অমুক্তা মাইথিখিদ্রিবা নিপা ওইবনা লানঙম ফীবান থেৎনবা লম্বীদু থেংনবগদবা নুমিৎ অদু নোংমদি শোযদনা লাক্লগনি।"

"খুৎকন পাঙ্গলগী মবান্না থোকহনবা অৱাবদু অদু ঐখোয়না উবে। ম্যানি ঋষিশিংনা লাওবম্না অদুগী অচুম্বদু নোংমদি শোযদনা থোক্লগনি:" অচুম্বা চৎপনা মীওইবনা চাওখৎপা ফংই; নিংইবদু ফংবা ঙমই, যেক্লববু খুদুম চল্লি, অদুম্দি ওইবগা হৌবকপা মখোংদি পুমই।

নত্তে, মীওইবদা লৈবা থাজদববু কনা অমনা মাংহন্দবদি য়াই। ঈশ্বববু ঐখোযনা য়ানিংদবা যাই, অদুগা মীওইবা অমবু ঐখোযনা যানিংদ্রবদি কবম্না আশানো ঐখোয়গী লৈগদৌবিবা; অসুম তৌববদি পুম্নমক খজিক খজিক মাংখিদুনা, মযেং তাথবকই। খুদিংমক্তা থাজবদি লুনা থোকই নত্রগা অচুম্বনা মাইপাক্লকপবু থাজবদি মশানা তাবনি শোযদ্রবনি।

হকচাং চোকথবা,পুক্লিংৱাববু ঐহাক্কী অকোয়বদগী থাপতোকহন্নবা ঐহাক্না নাম্বোক্লবা লাকনবমই; অসুম্না হিমালযগী মযাই ওইনা লৈবা তম্পাক, কুলুতম্না ঐহাক্না খোং শাল্লমই।

# মাপলশুবা পন্দুপ

## তরাশুবা তাংকক

# শিংনবা

# ভারত থাদোক্লবা ৱারেপ

থাখায অমবোম মাংলুববা তুংদা ঐহাক্না কুলুদগী হল্লকপদা মনুংগী ফীবম থুনা হোংলমই হাযবা ঐহাক্না খংলমই। ৱাতেম্মনবা অবোযবা ওইনা হোইকৎবদা ঙল্লঙবা অদুগী মহৈ ফল লাক্লমই; মাইকৈ অদোম্দা আশা অমতা লৈত্রে হাযবদু পুক্লিংদা ফাওবকখি। পার্লিযামেন্টতা অমদি মফম কযাদা থোবকপা বৃটিশ অফিসারশিংগী বাঙাং অদুনা মখোযনা লৌবা ফীবেপ্প থোয়না হেন্না চেৎশিলহল্লে হাযবা খংনবকখি অদুনা প্রজা মীযাম্বু শাওহল্লমই। ঐখোযগী ৱাঙাং অদুনা মখোয়না লৌবা ফীবেপ্প থোয়না হেন্না চেৎশিলহল্লে হাযবা খংনবকখি মদুনা প্রজা মীযাম্বু শাওহল্লমই। ঐখোযগী লৈর্জাববা সাধাবন বাজনিতি অমদি প্রজা মীযামগী শাক্তি নমথনবা হোৎনবনা ভাবত্তা ওইবিবা অফিসারশিংগী অবেপ্পা অপাম্বা ওইবমই মফম পুম্নমক্তা মখোযনা নিংইবদু হেন্না চেৎশিংনহন্নবা তৌবমই। ক্রিপনা যাদবা অমা পুবক্লবা তৌবিরৈদা ঐখোয়গী মী অয়াম্বা জেলদা লৈবমই; খ্বাইদগী মকওইবা এহাক্কী মকপশিং অমদি থবক তৌমিন্নবা অয়াম্বা ডিফেন্স ওফ ইণ্ডিযা এক্ট মখাদা ফাজিন্দুনা জেলদা থনমই। মে থা হৌগৎলকপদা বফি অহম্মদ কিড্ৱাই ফাজিনখি। ইউনাইটেদ প্রোভিন্স প্রোভিন্সিয়েল্ কঙ্গ্রেস কমিটিগী প্রাসডেন্ট শ্রীকৃষ্ণদত্ত পাল্লিবালবুসু ইকুই কুইদনা ফাজিনখি লোযনা মীয়াম কযামসু ফাজিনখি। অসুম তৌদুনা ঐখোয় অয়াম্বা ফাজিনখি; ঐখোযনা চথবা থবক লেপহনখি; জাতি ওইনা হৌবা থবক পুমবা থিংজনখি; অসুম তৌদুনা মথং মথং ওইনা অমগা অমগা মকায় মকায তৌহনখি। অসুম্না তৌবাসবু ঐখোযনা তুমিন্না খাংবা ঙম্বা হৌনব্রা ? অসুম্না ঐখোযবু তম্বীবকপা নত্তে; ঐখোয ইশাগী অমদি জাতিগী লৈজবা ইচ্ছৎনা, অসিগুম্বা লমচৎ শাজৎকী মাযোক্তা অন্দোলন হৌবকখি।

শোযদনা লান্দাবকপা তাবদা অমাদ চাওববা পঙ্গাওনা থোহনলক্কদবা অমাং অতাগী খল্লুবদা ঐখোযনা কবি তৌবা তাবগে ? ঐ মসিগী মতাংদা উপায লৈত্রবনা কবিসু তৌবা ঙমফম থোক্তে; অদুন্নদি ওইবগা থোবক্কদৌরিবদু উবকপনা অমদি মদুনা খোযবাংবা পোকপনা পুক্লিংদা পেন্দবা পোক্লকপদি থোয়না হেনগৎলকখি। অসিগুম্বা চিববা তাঙ্গা অসিদা, পাকচাওববা লৈবাক অমা ওইবগী হৌনবা, প্রজাশিংনা মাগী মাগী ওইবা মত ফোংদোক্লবকখি। ঐখোযগী মপু ওইদুনা লৈবিবা অসি কনামতনা হোংনিংদবনা জাপানগী মিচং চংউইবগী ৱাফম থবক ওইনা কবিমতা লৈবমন্দ অদুগা চীনাগা অমতা ওইবগী অপাম্বদি কনখৎলকখি লোয়ননা অপাম্বদু পাকশন্না শন্দোবকখি। অদুগা ভারত নিংতমহনবগীদমক জাপান লানগী খুদোংচাবা লৌনিংবা, নাকোযননা জাপানগী মীচং চংনিংবা মীওই কাংলুপ মচা অমসু লৈবমই। জাপান লান হৌবক্কদবা চহি অমা ৱাৎলিঙৈ মমাংদা ভারতগী লোন্না চেনখিবা সুভাস চন্দ্রবোসনা শন্দোবকপা পাওনা থাজবা পোকহল্লবা কাংবুদি মখোয অদু। তশেংনমক মীপুম্বা নুংশুক নুংজাননা লৈবমই লোয়ননা ৱা কবিমতা ঙাংদনা থোক্লক্কদৌবিবদু য়েংগদবগী ঙাইনবমই। লাইবকথিদুনা, লান্দাবকলিবা মীগী মখুত্তা ভারতকী শকক অমা তাখিবগী তাঙ্গা, কবিগুম্বা লাক্লবদি, চুংশিন্নদুনা অমতা ওইখিগদবা কাংবুসু চিংনবা লৈতনা লৈবমই; মকওইনা মখোয অদু মাগী লম্ভুম কন্নিংবা, মশা লিৎথোকনিংবা লোযননা লৈপাক শাসন তৌনিংবগী অপাম্বা লৈববা শেঙ্গাও পায়বা মীওইশিংগী মবক্তা যাওববা মীওইশিংনি। অসিগুম্বা মীওই হান্না লৈবমদবা নত্তে, মীওইশিং অসিগী মপুক্তা, মমাংঙৈদসু ভারত্তা লৈবা বৃটিশ সবকাবনা,

মখোযগী কায়গদবা মবম মতুংইন্না, পামহন্ননবা পোকহল্লমই পুক্লিং থৌগত্তুনা ইনশিল্লমই, অসিগুম্বা মীওইশিংনা মখোয়গী অপাম্বদু মপুক মনুংদা ফুমদুনা মতম লৈবা খিবিক্তা থল্লগা তত্তনা হোংলকপা থৌদোক্কি খুদোংচাবা অদু মখোযনা লৌবমই। অসুম্না মীচং চুংশিন্নবশিংনা মবৈবাক কন্নবা হোৎনবগী মহুত্তা নপচ তাংজবগী থবক তৌবসি ফ্রান্স, বেলজিবস, নোযজেযে অমদি মীখুৎ চনশ্রবা ইউবোপকী মফম কয়াদা ঐখোয়না উপ্লবনি। "ইকাইনিংঙাই ওইববু ইকাইখুম্নবা ওইনা, মীপুমথিয়া ওইববু থৌনাফবা ওইনা, লাযনা কীহনবা য়াবা মীকিথি অমসুং মশানা পংজববু অশিংবা ভ্তান লৈবা ওইনা, তুহৎপবু ধর্ম্ম ওইনা, থম্মোই শেংনা লৌববা জন্মনগী মাইপাকপসু অচুমবা ধর্ম্মগী খোংথাং ওইনা লৌবদা ভিচিগী মীশিংনা মতৌ কবম্না মখোযগী মকোক শীজিন্নবগে (ফজদবা ৱাহৈদনা হায়বগা) হায়বদু ঐখোযনা উববনি। থৱাই হকচাং কৎথোক্লবা মবৈবাক নিংবশিংগী অমদি লালহৌবগী লৈবাক ওইববা ফ্রান্সতা অসুম্না তৌববদা মকপ ওইববা বৃটিশকী মখাদা মতম অসুক শাংনা ইয়া যাবগী ৱাখলতা খল্লবা লোয়ননা মনা মথুম কযা ফংবগী ৱাখল লৈববা ভাবত্তা লৈববিবা, মান্নববা কাংলুপ কযাগী মনুংদা ফংবগী ৱাখল লৈববা ভাবত্তা লৈবিবা, মান্নববা কাংলুপ কযাগী মনুংদা পুনবিবা ৱাখল অসিগদি তশেংনা মান্নদবা মক্তি নত্তে। লালহৌবশিংগা মীচং চুংশিনলিংলিবা মীয়ামগী মবক্তা লুচিংলিবশিংদি বৃটিশকী আইন নিয়ম্ব যাবা (বৃটিশকী) মকোক ওইবশিংগী নিয়মবু য়াই হায়না লাওথোক্লবা মীশিংগী মবক্তা অযাম্বনি হাযবা ৱাফমসি ওম্বোক্লা থীনা মান্নববনি (মথক্কী ৱাখল অসিগা)। মীচং চুংশিন্নবা হায়বা কযাৎ অসি মখোযদদি মপুং ফাববনি শাসন পুবা মকোক্লা হোংলবা ফাওবদা চুংশিন্নবগী লমদা হান্নগুম চথববদা মখোযগী অকবা কবিমতা লৈবোই (মখোযদা লুনা থোক্লোই। মতুংদসু অতোপ্পা কাংবু অমনা লৈবাক ঙাকশেনবগী খুর্জ্জ অমুক তোংবা লায়না পাযববসু ইউবোপ্তা মখোয়গুম্বা কযানা তৌবগুম্না, অহোংবা লাক্লিবা মখৈ মদুদা মখোয়না মশা মশামক মচু অদু শংজিন্দুনা অদুমক চুংশিন্নখিগনি। জিপ্সকী তেশিন্নবা ৱাফম্না মাইথিববা তুংদা, দবকাব ওইবনা চেনবা যাবক্রবতদা, হান্নদগী হেন্না কনশিন্না বৃটিশপু যানিংদবগী ৱাখল চেনখৎলক্লগা খুদোংচাবা লৌবসু মখোযনা ঙমগনি। মবর্মসিনা মখোযগী হান্না লৈজবম্বা আশা পুন্না মার্থিদুনা লোযংনা হেন্না লুবা ৱাফম কযানা কাওখোক্লুনা, অতৈ তোঙানবা বাখলগী ইথিন্না পুখিবদু নত্তনা, মশাগী অমসুং লৈজবা মবম কয়াগী য়েংদনা, অতৈ কয়া অমনসু মসুম্না তৌবকপা য়াই। অসিগুম্বা ইথিন্না হেনগৎলকপা অসিনা ঐখোযবু ইঙক ঙকহল্লমই, ভাবত্তা চংশবিবা বৃটিশ পোলিসিবু নমদুনা ইকাযবা খংদবমখৈ যাদুনা চৎপা হেনগৎলকপনা মবম খুদিংদা খুদোংথিবা ফল পুবক্কনি লোযননা ভাবত প্রজা মীযামগী ফীভম মপুংফানা হম্বহল্লক্কনি হাযবা ঐখোযনা খংই।

অনিংবা অপাম্না অমগা লোযননা লান্দাবকপা লোয়ননা ভাবতকী নোংপোক্তা লৈবা লমদম খবা লালহৌশিংনা মখুৎচনশ্রবদা, পাকচাওববা লমদম অসিগী মফম খুদিংদা প্রজাবু ঙাকশেনবগী লৈঙাক থৌবম কায়বক্কনি, মদুনা মবম ওইনা লৈবাক ইবাং হৌহনগনি হাযনা পাক্লা শন্না শিনবা থুংনা প্রজা মীযামগী মীপাযবা পোকহনখি) মালয়দা, বর্ম্মদা কবি থোকপ্লবগে হাযবদু ঐখোয়গী মাংদা হৌজিকমক তাদুনা লৈবি। লাঞ্জাওগী খুদোংচানা যেক্লবদা মপাঙ্গল হাপ্লবসু লৈবাক অসি অযাম্বা শককপু যেক্লবশিংগী মখুত্তা তাখিবমক্তি ঐখোয় কনামতনা পাম্নদ্রি। ভাবত অসি ওম্বোক্লা পাকচাওপ্রে অদুগা মাসুম্না পাকচাওবা অসিমক ঐখোযনা চীনাদা উবি। অসুম্না পাকচাওববা লম অসিগী কান্নবদু খল্লবতদা পাকচাওবগী কান্নবা মহৈ ফংলিবনি, মসিনা মবম ওইদুনা মীবৈবাক্কী মীগী মখুত্তা তাখিগদবদগী কনবা তাবনি লোয়ননা ইতোয় তোয়না থুগায়দবা তাবনি অমসুং মীবৈবাক্কী মীখুত্তা ইমালৈবাক লাম্বোকলোযদবনি। চীনাদা তৌবগুম্না, যেক্লবনা লৈবাক্কী অযাম্বা শকক শোযদনা লৌশিনখিবগী ওইথোকপা লৈবা য়াবে হায়দুনা লৈবাক্কী অয়াম্বা শকক যেক্লবগী মখুত্তা লংশিনলমদুনা তেংবাংবা লাকইবা লাম্মীনা নিংহর্মখিদুনা লৈবাক অদুগী ময়োন ঙাক্লিবা লাম্মীতগী অত তাই ওইহনবগী ৱাফম, মপুর্মবৈ ফাববা পাওদম কযানা শন্দোকপগুম তৌবি। প্রজাবু ঙাকশেনবগী লৈবাক লৈঙাক লৈবক্তবা তাবনা, লমদম অসিবু অমদি অতৈ, মফম কযাবু মতৌ কবম্না ঐখোয়না কনবা তাবগে হাযনা মহৈ মহৈ হংনবা লাওনবা হৌনবকখি। অসিগুম্বা থোক্লবা যাবা কয়া তবাইথোক্লা লৈঙাক শাসন লৈবক্তবা অসিবু ঙাকথোক্লবা লম লম খুদিংদা কাংলুপ কয়া শেমগৎ শাগৎত্তুনা লোযননা ঙমইবমখৈ হোৎনদুনা যেক্লবনা চংলকপা থিংননবা লৌবা যাবা উপায়, তৌবা যাবা থবক পায়খত্তুনা অসিগুম্বা খুদোংথিবসিবু, ৱাখল লৌশিং নত্রগা ওইবা য়াবা উপায়না ময়োক য়ানবা শেমশাবগী থবক ঐখোয়না ঙমইবমখৈ পাযখৎনবা হোৎনবমই।

চহি মতম অসুক শাংনা, চীনানা অসুক কন্না লান শোক্লবর্কলিবা কবিগীনো ? অতৈ পুম্নমক্কী মথক্তা বসিয়াদা লৈবা মীশিংনা অমদি সোভিয়েৎ ইউনিযন্দা লৈবা মীতোপ্‌শিংনা, মথৌনা, হৃনবা লৈতবা মবিংজেন অমদি মথৱাই খুবাক্তা হাপ্পুনা লান তৌবনা কবিগীদমক্তনো ? অতৈ মফম কযাদসু মথৌনা ফুদোক্কনা মীওইবনা লান কন্না শোক্লবি; মবর্মদি মবৈবাক নুংশিবা, মীবৈবাক্কী মীনা মবৈবাক লৌখিগদ্রা হাযবগী অকীবা, অমদি হিংদুনা লৈবিবা মখোযগী পুন্সিগী নুংঙাইবা ঙাকচনিংবা অসিগুম্বা ৱাখলগী ইথিন্না মখোযবু পামহল্লি। অদুম্মদি ওইবগা বসিয়া অমসুং অতৈ লৈবাকশিং অনিগী মবক্তা থৱাই য়াওন লান শোক্লনিংবগী খেৎনবা লৈবগুম তৌই। গন্তক্রিক্কী মতমদা তৌবগুম, অতৈনা অহানবদা অঙকপা ফংনা কন্না লান শোকনৈ, অদুবু মমৈদা ঙৈহাক্কী ওইবা ৱাফমনা লায়থোক্লবদা, হোৎনবগী মবিংজেনসু হত্থবকই; লানফমদা লানঙম ফীবান থেৎনা লানঙম্বামক তাববসু তুংদা ওইবক্কদবা অদু চিংনবনা মবম ওইদুনা মসি থোকল্লি। অকংবা মচাক্লা লংলা লংজিন ওইদুনা, কনাগুম্বা অমনা ঙমইবমখৈ অচুম্বা থিদুনা খংবা ঙমই, মদুদি সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্দা অসিগুম্বা চিংনবা নত্রগা খন্ন নৈনবা কবিমতা লৈতবগুম উই(খন্ন নৈনদুনা, মবৈ যেৎনবা পান্নদে হাযবসিনা অচুম্বা ওইববসু); অদুনা সোভিযেৎ ইউনিযর্ন্দাদ হৌজিক অমসুং মতুংগী ওইনা মবা চেৎনবা কন্না থাজবা অমা লৈ।

ভাবক্তদি কবমদৌই ? হৌজিক ওইবিবা অসিমক হৃ তবেৎ খাবগুম পান্নদে; অদুগা তুংদা ওইবক্কদবা অদুসু অক্ষা ওইনা মফম খংদ্রে। লান্দাবক্‌পদগী অমসুং অৱাবা তাবক্কদবদগী মশাবু ঙাকথোক্চনবা খঞ্জবা নত্তনা মবৈবাক নুংশিবগী হৌবকপা ইহৌনা লৈবাক প্রজাবু হৌহনবা ঙমলমদে। পৃথিবীগী ওইনা খল্লুবা কনাগুম্বগীদ থম্মোইদা ইহৌ অমা পোকলম্না যাই। অসিগুম্বা ৱাখল কযানা মবৈ ওইনা তাশিনখিবনা, মীয়াম প্রজাবু চাং অমদা থম্বদা লুনা থোক্লমই; লাকশিনবদা ৱানা থোকই লোয়ননা শেঞ্জাও পায়বা কাংবু (বৃটিশ) অমসুং মখোযবু তেংবাংবা মপানগী মকপনা লৈতৱাপ। মশামতোমতনা মখুত্তা শক্তি পুমবা পায়শিনবা মীগী অপাম্বা অনিংবা মতুংইন্না তৌনিংবতা তৌবা নিযমদি তৌবকপদগা হৌনা চুমদ্রবা শকক্তা থল্লবনি। নিংতম্না হাযবসি মীপুম্নমক্তা পামই, ,কবম্বা মীনো হাযবদা মনিংতম্বা ফংজদ্রবা নত্রগা নিংতম্বা মাংলমদাইগী খুদোংথিবদা চাববা মীওইশিং। হৌজিক মতমগী পৃথিবাদা চৎনবিবা নিংতম্বদি মমাই মকোক কয়া লোংই, চাওবাকপা পনখৈ লৈ; অদুগা মসিবু ফংদ্রিবা কনানা অসিগুম্বা পনখৈবু খংবা-উবা ঙমদে লোযননা মশাগা খংগে তাবা অনিংবা অমা লৈতনদি, নত্রগা মসিগী ৱাখলদা ইবাক্লদ্রিমখৈদি নত্রগা মসিগী নত্তনা অতৈ ৱাখল অপাম্বা কাবিমতা লৈত্রবদা ৱাখল অসিবু ভাব তানা খংবা ঙমই। অপাম্বা অনিংবগ লোযননা হোৎনববদা কবিমতা চাশিন্নবা যাদ্রবদি নত্রগা তাইওন্নানা চংশিনবগুম তৌববদি মদু শোযদনা অৱাবা নংবা তারবনি। ভাবক্তা লৈবা প্রজা কয়ানা ফংননবা হোৎনবিবা ফংনবগীদমক অৱাবা কযা খাংলিবা নিংতম্বগী আশা, অথিংবা অমা পীবদা নত্তনা মসি ফংনবা লম্বী অদু মমি শামিনববা অমম্বনা কুপশিল্লকলে, লাপথ্রবা তুংগী ওইশিল্লকলে। লেপ্পুনা চৎথবিবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী মাইকৈদা অমদি ভাবক্তা লৈবা প্রজাশিংগীদমক, পৃথিবী পুম্বা নিংতমহন্নবগীদমক অমসুং ভাবতপু কন্নবগীদমক অবৈবা পাঙ্গল থোক্লা শাজিন্নবগী মাইকৈদা হায়বিবা আশা অসি পুশিনবগী মহুত্তা শোক্লবিবা লানফমসি মাইকৈ লান্না চংশিনম্রে; লাঞ্জাওগী ৱাফমদা আশা কবিমতা তৌবা য়াবক্তে। মীওইববু মদুদগী হেন্দোক্কুনা যেক্লবা ফাওববু মখোযগী অনিংবা- আশা অমতা তৌহনদবা লৈহন্দবানি আশিংবা কদৌঙৈদসু ওইবোই।

লাঞ্জাওদা য়াওবিবা লৈবাক কয়াগী মচিনচৎপা মীওইশিংগী চুম্না খঞ্জবা আশাদগী হেন্না চাওনা পাকথোক চাওথোক্লা লাঞ্জাওদা আশা তৌবা মীওই কয়া'মা তশেংনমক ভাবক্তা লৈবমই; মাগী মাগী মবৈবক্তা ;লালহৌবগী মবমবু যান্না নিংথিনা খংবা মীওই কযা'মসু লৈবমই, মসিসু মখোয়না খংলমই; অসিগুম্বা লালহৌগী হৌবকপা মবম অদুদগী ওইবক্কদবা খলনা লান্নীনা ফংলকপা মাইপাকপা অমদি য়ান্নবা মশি লোযননা বাজনিতিৱালাশিংগী ৱাখল কয়াদগী লাপথোক্লা পৃথিবী পুম্ববু লৈহনগনি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা কয়াদগী লাপথোকনা পৃথিবী পুম্ববু লৈহনগনি। তৌইগুবসুং অসিগুম্বা মীওইগী মীশিং অসি অশেংবমক পংযাম যামদে; অদুগা লৈবাক অতৈদা লৈবা মীওই অয়াম্বগী ৱাখলদি থোযনা পীকই মখোযগী পাক্লবা ৱাখল মখোযনা চুম্লবনি খঙৈ লোয়ননা মতম মতমগী ওইবা ৱাখলনা মখোযবু খুদুম চান্নি। মীওই খবনা মশাতগী কান্নবওইজবা থীবমই, মখোযনা বৃটিশকী পোলিসি চপ চানা লৌবমই; মতমদুগী অঙম্বশিংগা খুৎশম্নানা চৎমিন্নবা

তাবনা লোয়ননা পোলিসিবু মায়না চংমিন্নবা তাবনা মখোয়না অঙন্বশিংদুগা নকশিন্ননা নপশিন্নবা লাকনবমই। কনাগুম্বা মীওই খবনা পোলিসি অদুগী মায়োক্তা কন্না মুক্লমই; পোলিসি অদুগী মখা পোন্না চৎপদি ভারতকী মতাংদতা নত্তনা পৃথিবী পুমবগী মতাংদা শেবান্না লমজিংবনি হায়না মখোয়না লৌবমই। মী অয়াম্বা কবিমতা নিংঙাইদনা লৈথোকই, অমসু অমসু কবিমতা য়াওদনা তুমিন্না কবিমতা তৌদনা লৈথোক্লমই; ভাবতকী প্রজা মীয়ান্না মহৌশাদগী হৌনা শোয়না চথবকইবা অদুগী ময়োক্তনি ঐখোয়না অসুক কুইনা শাংথনা কন্না অন্দোলান তৌবকইবসি ;

ভাবত্তা লৈবা প্রজা মীয়ামগী পুক্লিংদা অন্দোলনগী ইথিন চংলক্কুনা চথবকপদা নিংহন্নবা নিংবা কাযবগী ৱাখল অমা লাকখি; মতমদুদা গান্ধিগীনা আর্টিকল কয়া ইখি; মদুনা ইখং খংহৌদনা প্রজা মীয়ামগী ৱাখলদা অনৌবা মগাল অমা পীখি; অদুগা তোইনা ইতত্তনা থোকপগুম্মা মদুনা মীযামগী চমম্মনববা ভাবপু মওং অমা তাহনখি। মতম তাঞ্জানা লুশিল্লক্লবদা নিংঙাইদনা খৌশাদনা লৈথোকপা, থোক্লকইবা য়ানিংদবা খৌদোকশিং হেক য়াথোকউবা, মসি পুম্বসি মাঙোন্দা (খাংবা ঙমদনা থোক্লমই) খাংঙমখিদে। তাঞ্জা অসিদা তৌফম থোকপা পুম্বা ভাবতকী নিংতম্ববু জাতিপুম্বদা খংহন্নবগীদমক্তনি মবমসিনা মীচং ওইবিবা জাতিশিংগা পুনশিন্দুনা অমতা ওইনা লান্দাবকইবা লম হেঞ্জিল্লকইবসি মাইযোক যানা থেংনবা তার্বনি। ভাবতকী নিংতম্ববু শকখংনবা ঙমদ্রগনা হৌজক তৌবিবা নির্তিনিয়ম অসি শিনদুনা পাযখৎপা য়াবা থবক পাইখৎপা তাবনি, লোয়ননা ভাবত প্রজাবু শিথহন্দুনা থমইবা, অমদি লান্দাবকপা খুদিংগী তুহৎফম ওইদুনা লৈহল্লিবা, অনম অহা চুবসিদগী কোকহন্দুনা মমিৎ মমাই পাংহনবা তার্বনি।

তাল্লিবা দাবীদা অনৌবা কবিমতা যাওদে, তত্তনা ঐখোয়না হাযনবক্লিবদু হঞ্জিনবর্তানি, অদুন্নদি ওইবগা মহাক্লা ঙাংবদা অমদি ইবদা অথুবা ওইবা অর্মদি অপান্বা ওইবা খবদি নৌনা য়াওই। হৌজিকমক্তাত ভাবত্তা পান্নবিবা অদুমক মহাক্লা উৎপর্তনি হায়বদা চিংর্নানিংঙাই কবিমতা লৈতে। অনি য়েৎনবকপদা জাতিগী ওইবনা পৃথিবীগী ওইবদগী কর্নাশিনবা হেল্লি; গান্ধিনা নৌনা ইথোবকপনা, ভাবত পুম্বদা ইহৌ পোকহল্লি। জাতিগী ওইবনা কর্দৌঙৈদসু পৃথিবীগী ওইববু মায়োক যার্বদি নত্তে; মজাতিগী ওইবনা পাক্লা শন্না জাতিদুগা চান্ননবা লম্বী শেম্নবা হাংনবা হেক ঙম্বমখে হোৎনৈ অদুগা তৌবত্দি চিংলেম্না অমদি মহৈ য়ান্না পাংথোকপদা খুদোংচাবা তাঞ্জা পীবা ঙমই। অনিগী মবক্তা ক্রক ক্রক য়েংশিন্নবগী কান্নবা লৈতে; ইউবোপ্তা চথনবিবা মাগী মাগী মজাতিগীদমক অঙম তান্নবগা ইমান মান্নদনা ঐখোযগী ইর্জাতিগীদমক পায়খৎলকপা থবক-ৱাখলনা অতৈ জাতিগী মবমদা খুৎথিংজিন্নবা কবিমতা হোৎনদে; মদুগী মহুত্তা জাতিগী অদুগীসু ওইনা কান্নগদবসু ফংমিন্নবা লাক্লবদা অমতা ওইনা খুৎশম্ননা হোৎনমিন্নবা লাকনৈ। জাতি অমগী নিংতম্বনা পৃথিবীগী ওইনা অচুম্বা যুম্ফম অমা শাগৎপদা চংদ্রবা যাদবা যুম্ফর্মানি হায়না উই, মবমদুনা পৃথিবীগী ওইনা শেমগৎ শাগৎনবা লম্বী লোয়ননা অমতা ওইনা খুৎশম্ননা যুম্ফম শাগৎনবগীদমক ফেসিজম অমদি নাজিজমগী মায়োক্তা অমতা ওইনা মাযোক যাবা তাবনি। তাঞ্জা অসিদা অসুক য়াম্না ঙাংর্নাবিবা ৱাবী শানবিবা পৃথিবী পুম্বগী ওইবা অসি, মী অমতনা, লৈবাক অমতনা, মপু ওইনিংবগী লিবব পোলিসিগুম্মা লৌদুনা মীযামদা নৌহৌননা চিংনবা পোকহল্লি; অশেংবমক্তি মসি ইনৌ নৌবা নত্তে; লৈবাক অতৈ জাতি অতৈদা লৈবাক জাতি অমতগী ওইবা হুকুম চৎথননিংদুনা সম্রাজ নত্রগা কমনওয়েল্ট অমগী মমিংদা জাতি অতৈবু নমথদুনা জাতি অমতনা মতোমতা মবনাই ওইজবা তানবসু লৈতবা নত্তে।

অনৌবা খোংজংনা ঐখোয অয়াম্ববু ওৎলি লোয়ননা নিংবা কায়হল্লি; মরমদি থবক ওইনা ;পাংথোক্তবনা তৌকবা থবক পুম্বা অবেম্বা তাই; লান্দাবকপগী মৈখুলক্তা ভাবতনা মশামক লেপ্লবতদা মতমদুদা লানশোক্লবগী হোৎনবগী মাইকৈদা অসিগুম্বা তৌদবা য়াদ্রবা থবক অসি মশানা চংশিঞ্জবক্কনি। গান্ধিজীনা সাধাবণ চংশিল্লকপা খোংজংসু পৃথিবীগী ওইবা মকওইবা ৱাখলবুসু তুংওইনৈ, পীক্লবা, জাতিগী ৱাখলদা হিদোংবা ওইনা তৌই। চহি অহুমগী মান্নুংদা, কবিমতা ৱানিংঙাই ওইদবা পোলিসি, ৱাখল তৌনা ঐখোয়না চৎখি, ঐখোয়না লৌখিবা অসিগুম্বা ফীবেপ অসি চৎনবোনগী মখাদা য়ানিংদবগী খুদম উৎখিবতনি। খুদমত ওইনা য়ানিংদবা উৎলুবদু, মমৈথংদা, ১৯৪০-৪১ দা ঐখোয়গী লুচিংবা লুচিংবী ৩০,০০০ জেলদা ফাজিনখিবা মতমদা, পাক্লা শন্না লুশিন্না খন্নদবা য়াবক্তে। মতমদুদা জেলদা ফাজিনবতা হায়বসি অখন্নবা মীওই খবতগী মতাংদা ওইনা তৌবমই, মযাম্নু অমুক্তদা ফাজিনলমদে নত্রগা সবকাবগী থবক নিতি নিয়মদা

অপান্নবা থুগায়কবগী ওইনসু তৌবমই। মদু ঐখোয়না তত্তনা পনবা ঙমদে ঐখোয়না কবিগুম্বা অমা তৌকববদি মদু শেবান্নবা মওংদা হেক্তা লৌই লোযননা চাওববা ৱাথোক অমা হেক্তা ওইহল্লি। মসি ভাবতকী সিমনাদা লান্দাবকপবু থিংতন্দবা লোয়ননা য়েক্লববু নাও চাওহনবা নত্রা ?

মসিপুম্নসি তশেংনা অকবা ৱাফমনি; অমগা অমগগী মত খেৎনবা লৈতনা অকবা ৱাফমশিং অসি গান্ধিজীগা লোযননা ঐখোযনা শন্নবা য়াবমখৈ পাক্লা শন্না, খন্নবমই। কবিগুমবা মওং অমদা থবক তৌববসু নত্রগা তৌদ্রবসু খুদোংথীবা অৱাবদি মশানা লাকপা তাবনি, মর্সিনি লুবিবদি। খুদোংগীবু খজিক শেংনবা মসিপুম্বা যান্নবা চাং অমদা পুবকপগী ৱাফম লাক্লবনি। চৈয়েনববা অমদি চম্মন্নববা মসি পুমবসি শেংদোক্লবা ঐখোয মশেন খন্ন নৈনবা তাবকপনি, জাতি পুম্বগী (পৃথিবীগী জাতি পুম্বগী) ৱাফম্বু খম্ববকলিবা অমদি ৱাখল অসিদা বাখল পুম্না চিংশিল্লকইবা গান্ধিগী ৱাখল ঐখোযনা শন্নবা তাবকপনি। মখাতানা মহাক্লা ইবকপা পুম্বদা অহোংবা অমা লাক্লমই, পৃথিবীগী জাতিশিংগী খন্নবদা মহাক্লা মশামক কন্না শৌগৎলমই অদুগা ভাবতকী মতাংদনা পাক্লা শন্না চাওবাক্লত যেংলমই। অদুন্নদি ওইবগা মশাগী অপাম্বা অদুদি থুপচিন্না হোংদনা লৈবমই; মদদি বৃটিশ সবকাবদা, খবদ ওইববসু, চংজববু যানিংদবা, ভাবত্তা চলাযববা বৃটিশ পোলিসি যানিংদবা, লোয়ননা মসিপুম্না মুক্লনবা তৌবা যাবা থবক মখৈ পাযখৎনিংবগী অপাম্ব ৱাখল পোক্লমই মহাক্লা হায়বা মতুংইন্নদি (বৃটিশগা) চাংদবা হায়বসি ভাবতকী মবিংজেল মথৌনা লমখাংদা থুদেকপনি, লানগী লালথংনা ওইনিংবা ওইববসু ওইনিংবা মওংদা লাঞ্জাও লোয়শিন্নবসু, ভাবতনা মখোযগী (বৃটিশকী) মীনায় ওইনা থবক তৌবা তাবনি লোযননা মতম শাংনা, তান্নিবা নিংতম্বগী দবী পীগদবা লৈতে। মসিদা নত্তনা অমুকসু য়েক্লবা লান্দাবকপাশংদা চংজবা তাবনি, অমদি লান্নীনা মাইথীবা নত্রগা হন্দোকখিবগী ৱাফম কবিমতা খন্নদগী য়েক্লবা লান্দাবকপশিংবু থিংদবা তাবনি মসি ঐখোয়গী প্রজা মীযামগী,লমচৎশাজৎ পুম্নমাং মাংহনখি; নিংতম্নবগীদমক চাহি ২৫ চুপ্পা লেপ্পা লৈতনা লাঞ্জংলকলিবা ভাবতমচাশিংগী মপাঙ্গল মথৌনা অমদি হোৎনজলসু মমল লৈহন্দবনি। মসিনা মবম ওইদুনা ভাবতনা তানজবকলিবা নিংতম্ববু পৃথিবী পুম্বনা পাওথোকপ্রগনি অদুগা লান লোয়ববা মতুংদা ওইবক্কদবা খুদোংচাবা পুম্না মিহৌচাওবা, নিংথৌ ওইনিংবা, লৈবিবা বৃটিশনা পায়শিনখিগনি। মহাক্ত ভাবতকী নিংতম্ববু থম্মোয় যাওনা পামজবনি মহাকী পোক্লফম লমদমদগীসু হেন্না ভাবতপু মহাকনা নুংশিজবনি; পৃথিবীদা লৈবিবা লোযলমগী তুহৎপাববা জাতি কযাগী মসিনা লংলবা খুদমনি, লোয়ননা পৃথিবীগী ওইনা লৈনবিবা পোলিসিবু চাং যেংনবা এসিদ-চাংযেংনি (acid test নি)। ভাবতনসু নিংতমদ্রবনি (নিংতম্বা ফংদ্রবদি) অতৈ লোযলমসু ফংগদবা লৈতে লোযননা মীখা পোন্দুনা লৈববা জাতি কযানা তৌজিকমক মীনায ওইদুনা লৈবিবা অসি কায়দনা মতম কয়া লৈখিগনি, অদুগা শোক্লবিবা লাঞ্জাও অসিসু অবেম্নদা শোক্লবা ওইবগনি। শোক্লাববা লানগী মকওইবা লাল্লোং হোংদোকপা তঙাইফদবা ওইবমই। খোংমী লাম্নী, ঈশিং লাম্নী অমসুং শুন্দ্রং লাম্নীশিং, মাগী মাগী মথোং তৌফমথোকপা অদু পাংথোকপা তাবনি; অহেনবা থৌনাগী লাঞ্জংনা মখোযনা মমাই পাক্লকপদি য়াই; অদুবু মখোয়না ঙন্নকপনা কবি কান্নগদৌবিবা ' লাঞ্জংবদা পুকচেন শেংবনা পাম্বৈনি; পুকচেন শেংনা অমসুং হকচাং কযাৎকী পাঙ্গল অসি লানগী লানফমদা ৩০১ নি হায়না নেপোলিয়ান্না হায়গ্রবা নত্রা '
পৃথিবীদা লৈবিবা মীযাম প্রজা অমদি তুহৎপববা মীওই কোটি চাম চান্না পুকচেন শেংবা, হাযবা ইনববু খংই লোযননা থাজনৈ, শোক্লবিবা লাঞ্জাও অসি ঐখোযগী নিংতম্রবা, খাইদগী মকওইবা লম্নীনি হায়বসি লাঞ্জাও অসি যাওববা যানিংদবা ৱাখলগী মীওই ফাওবনা যানববা ৱাফমনি, অদুগা মাস ইংনা খুগা তুশিৎনা তিংনবগী কান্নববা উপাযনি। লাঞ্জাওগী ওইবক্কদবা ফলদা মহৈ মহৈ যেৎনবা (অফ যত্ত যেৎনবা) অমা লাকইবা বাফম্না, নিংবা কাযবদগী শাওনা মাইথোং লাংশিন্ননা অমদি চিংবা ৱাখলনা থাজবা পোকহল্লবা মীযাম প্রজা কোটি কযাদা পাঙ্গল খেক্লা যাওনিংবা ৱাখলগী অহোংবা অমা পুবকপগা লোয়ননা মিৎয়েংদা অমদি পোলিসিদা অহোংবা অমা পুবকখি। অসিগুম্বা অঙকপা অহোংবা অসি থোক্লবদি শুৎকনবা লাম্নীগী মকওইবা শক্তিগী পাঙ্গলনা কবিমতা তৌবা যাবমলোইদবনি, মখোয় লোংনা তাবা মশানা তাবনি। পৃথিবী পুম্বগী ওইববা ৱাখলগী শাক্তিনা লাঞ্জাওদা লমজিংইবা লৈবাক কযাগী মীয়ামগী নিংবা কায়হনবদি শোযদ্রবনি।

ভাবতকীদমক্তদি, ভাবতমচাশিংগী শাওনিংবা হৈনিংদবা ৱাখল অসিনা (বৃটিশ সবকাবনা) হাযবা ইন্দবা অমদি মুক্লববোমদা ওনশিনবনা থোয়না হেন্না ফবমই। চংজদবা, হাযবদা যাদবনা থবক চথবকপদা অহানবমক্তদা বৃটিশকী

অঙম্বশিংনা মখোয়না পান্না (নিয়ম য়াওদবা) হুকুম তৌবক্লবসু মসি লান্দাবকপা অদু থিংবা ওইনা ওনশিনবা তাবনি। কনাগুম্বা অমদা চংজবা মনাই ওইবনা মদুমক অঁতৈদসু, অদুম ওইবা তাবনি; মসি চোপনিঙাইনি চাং তাবনি।

অসুম্না থন্ন-নৈনবসি (তৌদবা যাদবনা) ঐখোযদি তৌদুনতা লাক্লবনি, ব্রাফমশিং অসি ঐখোয়না থাজে অদুগা ঐখোয় ইশানা তোযনসু তৌবিবনি। তৌইগুম্বসুং অব্রাবদি, অসিগুম্বা অমুক থোকখিদ্রবা অঙকপসি থোক্কদবদা বৃটিশ সবকাবগী পোলিসিনা থিংই, মতম খবদগী ওইনা অমদি লাঞ্জাও শোক্লবিঁঙে মতমদা ভাবতকী ব্রাফম খন্নদুনা পাংথোক্লবা হোৎনব পুম্বা যাহন্দে, লাঞ্জাওগী মতাংদা ঐখোযনা পামজববু লাওথোক্লবা ঐখোযনা হায়জবদু মখোযনা (বৃটিশনা) য়ৈথৎলি। অসুম্না হন্না হন্না ঐখোয়না হোৎনজবা পুম্বা অবেম্না ওইগনি হায়বসি শোযদ্রবনি। কবিদি তৌগনি ? অসুম্না যেৎনদুনতা লৈবর্গাদ অদুগা মীওইবগী চৎনলোন্দা অমদি অঁতে মবম কযাদা মসিনা অচুম্বমক ওইদুনসু ভাবত্তা লান্দাবকপগী থোযনা খুদোংথীবা শকক্লা কা হেন্না চংশিল্লক্লবসু মতম অদুফাওবদা লাম্ছোক্লবগী (মাইযোক য়াদুনা) লাম্থেংনবগী হোৎনববু কন্না থিংগনি হাযবসিমক চিংননিংঙাই লৈত্রবনি। অচুম্বা অসিদগী চেন্ননিংঙাই কবিমতা লৈত্রবনি। অদুম ওইনমক, অসিগুম্বা ব্রাফম ঐখোয়গী কোক্তা পুশিল্লক্লনা নুংঙাইতবা খুদোংথীবগী নুংশাথীবা পোকহল্লিবা অসিমক ওম্থোক্লা মবিং মবাংবা অমনি, মবমদি মসিগী, তল্লবা ভাবোক ওইনা ঐখোযনা লৈথোকপা ঙমদে, অদুগা, মতমগী খোংচৎ মতুং ইন্না মীওইবনা মাইবোং যাফম থোকপা থবকপু মাইয়োক্লবা ঙমদবা মতিক চাদ্রবনি হায়না ঐখোয়না উনা উনা যেংদুনা লৈথোকপা ঙমদে। ঐখোয়গী চপ যুংলবা অপাম্বা অমসুং মদুদগী থোবকপা মপাঙ্গলনা অমবোমদা নত্রগা অতোপ্পা মাইকৈদা থবক ওইনা ফুগাযবক্লুনা মপান থোবক্লবগী কোইথি থিবি।

গান্ধি, লেপ্পা লৈতনা চহি যার্মশিল্লকখি, মহাক চহি হুম্ফুতবা হেনখ্রে, শাংলবা মপুন্সি চুপ্পা, মপাঙ্গল অমসুং ব্রাখলনা লেপ্পা লৈতনা কঞা নোমলকপা অমদি অকনবা থবক পাযখৎলকপনা মহাক্কী হকচাং শোম্থহল্লকখি, অদুমওইনমক মতিকচানা মহাক অদুম মকনখি, মতমগী ওইনা চেল্লকপা ইপোম ইবৈনা চেম্থখিদুনা মহাক্লা খ্বাইদগী হেন্না পামজবা অদুমক ঙাক্লবা থবক পাযখৎত্রবদি মহাক্কী মপুন্সিদা মহাক্লা তৌফম থোকপা থবক পুম্বা অবেম্বা তাবগনি হাযনা মহাক্লা খল্লমই। ভাবতকী অমদি নৈহৎপীববা অঁতে জাত্তি অমসুং মীওইবগী নিংতম্ববু মহাক্লা পামজনা, অহিংশাবু কন্না চেৎনা কোনশিঞ্জবা, মহাক্কী অপাম্ববু নমহৎখি। খুদক্কী ওইনা পাংথোকপা সবকাবগী থৌদোক্তা অমদি ঙাকথোক্লবা পায়খৎলকপা থবক্তা কঙ্গ্রেসনা অহিংসাগী খুৎলায় শীজিন্নদববু মহৌশাদি মহাক্লা যানিংলমদে, ব্রা ঙাংলমই; অদুবু হৌর্জিক্তি মদুগী ব্রাফমদি মঙোন্দা লৈত্রে। মহাক্লা ইয়া-য়ানিংদবা মতা অসিনা মবম ওইদুনা বৃটিশকা ইউনাইটেড ষ্টেটকা যানবা অমা পুবকখিবা যাই হাযনা মহাক্লা থাজবমই। মবমসিনা, নিংতম্নবা লাম্থেংনবদা, লান্দাবকপশিংগা মায়োক য়াবদা অমদি খুৎলায পায়বশিংগা লোযননা ভাবতকী যাথং মখাদা লৌবিবা লাম্মীশিংগা লোয়ননা ভাবত কন্নবগীদমক ইউনাইটেড নেসন্সকা অমতা ওইনা খুৎশম্নদুনা চংশিনর্মিন্নবদা ভাবতকী লৈজবা লম্থুম পুম্বা থাদবনা, নিংতম্বা ভাবতকী মতম খবদগী ওইনা লৈবা সবকাবগী অহানবা তৌফমথোকপা থৌদাং ওইগদবনি হাযনা লাওথোকপা কঙ্গ্রেসনা তাবা ব্রাবেপপু মহাক মশামক্লা যাবমই। অসুম্না তৌবদা হেক যাবা হায়বসি মঙোন্দা লাযনা থোক্তে, অদুমওইনমক খাববা গুলি মহাক্লা যোৎলমই, নিংতম্বা জাত্তি অমা ওইনা ভাবতনা, লান্দাবকপবু থিংবা ঙম্নবা, তানখিবা ব্রাবেপনা মাগী মশানা পামজববু নমহৎখি।

গান্ধিগা ঐখোয খবগা তোখায তানহল্লম্বা নিযম নিতি অমদি অঁতে খেৎনবা কযা লৈবম্বদু হৌজিক মাংখ্রে। অদুম্নদি ওইবগা অব্রাবা কোঙ্গাই অমদি মবৈবি — ঐখোযনা তৌবা থবক খুদিংমক্লা লাঞ্জাওগীদমক হোৎনবা পুম্বা থিংবা, যেৎপা তার্বনি। বৃটিশ সবকাবগা যান্নবা অমা পুবকপা তঙাইফদে হাযনা মহাক্লা থাজজবদুদা মহাক্লা, যোংনা চু পাযবগুম থাদোক্তনা লৈবমই, মসি ঐখোয়দা ঙক্লা থোকই। মদুমক পাংথোক্লবা মহাক্লা ঙমইবমখৈ হোৎনগনি হায়না মহাক্লা হায়বমই। পায়খৎকদবা থবক্কী মবমদা মহাক্লা কযা'মা ঙাংখ্রবসু, মদুবু মহাক্লা শন্দোক্লা তাক্তে অমদি মহাক্লা তৌনিংইবদু হায়দোক্তে।

ঐখোযনা চিংনবিঁঙে অমদি যেংনবিঁঙেদা লৈবাক্কী ফিবমদা অহোংবা অমা লাকলমই, ইকাই খাংদগী কং কোৎপগুম, হৈঙম শিংঙমদনা লৈবম্বদুনা হৌজিক লাংতক্লবা অমদি আশাগী পীক্লবা মঙান অমা ফাওহনখি। হোংবা লেপ্তুনা থোকলকইবা থৌদোক কয়ানা কঙ্গ্রেসকী খন্নবা অমদি ব্রাবেপ্পু ঙায়বমদে। গান্ধিজীগী ব্রাঙাং খোনফম্না মখোযবু মাংলোমদা তকশিনহল্লকখি;

হৌজিক্তি মখোয়গী মশাগী লৈজবা খোংজেলগা লোয়ননা মাংলোমদা লেপ্পা লৈতনা চংশিল্লকখি। গান্ধিজীনা চুন্নবসু নত্রগা লাল্লবসু মতমদুদা ওইবকপা প্রজা মীয়ামগী অপাম্ববু মহাক্না অঙকপা য়াওদনা শেংনা উহনখি। মদুদা নিংঙাইনিংঙাই ওইবা অমা য়াওবমই, খন্ন নৈনবকপদা খজিক মবম চাবা অদুগা থবক্কী মহৈ ওইনা থোকলগদবা মতাং চনিং তানা ইংনা খন্নদবা য়াদ্রবা মীপুম খুদিংমক্না মপুক্লিংদা ফাওবা অপাম্বগী ইথিন্না লেপ্তুনা তকশিল্লকপনি। মহৈশিং অদুদি থৌশাদবা তৌবমদে. কবিগুম্না অমা পাংথোক্লবসু পাংথোক্লবসু মীওইবগী অৱা অনাগী পীফম থোকপা অরামন (মমল) চাওনা য়াম্না পীফম থোকই হাযবা মখোদি খংনবমই। নিতিগী ওইনা খনবদা বাহল্লবা বাখলগীদমক পীফম থোকপা (অৱামলসু) য়াম্ফম থোকই। মাসদগী নাম্বোক্লবা পাম্বে অমা লৈতে। তমথীববা লাইবক্কী মখা থাবা, জীব অমা ওইগদবগী শককপুদি মথোং খংদ্রবা থনক্কী ইপান্ত্রা হেক্তা চোংশিন্দুনা অঙম্না থবক খবা তৌবম্বনা ফর্বানি। মসি বাজনিতি তৌবা মীগী ৱাফম নত্তে, মহৈগীদমক খন্দ্রবা নিনা কাযববা মীগী ৱাফমনি, অদুম ওইনমক মতম পন্নদা অচুম্বগীদমক ৱাকংনবি, খংনগল্লবা ইথিনবু তপথহন্নবা হোংনবি, পোকপদগী মান্নবা লৈত্রবা মীওইবগী লমচৎ শাজৎ মান্নহন্নবা লাক্লবি। লাঞ্জাও অসি মতম শাংনা কুইনা শোক্লবকপা য়াই, চহি কয়া চংনা শোক্লবা য়াই, মাংতাকপা কয়া থোকখ্রবনি, অমুকসু হেন্না থোবকপসু য়াবি, তৌইগুম্বসু লাঞ্জাও থোক্লবা ইনশিল্লিবা অমদি লান শোক্লবা পামহল্লিবা অপাম্বনা চোকথবকত্রিবা, নিংহন্ননিংদ্রিবা ফাওবা, মাং তাকপা থোক্ল থোক্লা লান শোক্লবদি চথখিগনি। হন্দকতি তংখায়দং ঙম্নবদি ওইববোই মবমদি মপুং ফানা মাইথীবদগী তংখায ঙমবনা হেন্না ৱাহল্লি। লালচংবা লাম্নিগী লানলম শিঙ্খোং শিনবদা লান্না শিনজিনবত নওনা শোকনবিবা লান অসিগীদমক নিযমগী মপাদা খন্নবিবা বাখল অদুফাওবা লান্না চথবে। চংদবা য়াদ্রদুনা ঐখাযনা চংশিল্লববা অসিনা অকোনবগী মহৈ (নিযমগী) মখাদা খন্নবিবা বাখলবু খংনা উনা লান্না চৎহনবগী মহৈ অদু নমদুনা পীশল্লকপা য়াই, অসুম তৌদুনা হেন্না জুগোৎ চাদবা মওংদা নৌনা শিঞ্জিল্লকপা য়াই। মাইপাকপগী আশা উদ্রবসু কন্নবগী (অৱাবদগী কন্নবগী) নিংথিজববা পুকচেল অমদি চযেং মতুং ফাওবা লৈহৌবগনি লোযননা লাম্নীগী মথৌদাং উৎপদা অচৌবা শক্তিগা লোযননা পাঙ্গল হাপ্পগী ৱাখল লৈহৌগনি।

পজাগী অপাম্বনা হৌবক্লবদা সবকাবগীসু হৌবকপা মশানা তাবনি। মসিনা ৱাখলবু পুনিংবা মওংদা পুবা ইথিল নত্রগা ইনশিনবা দবকাব ওইদ্দে মবমদি লাকলিবা প্রজাগী অপাম্বা ইহৌদি মশানা লাকচবনি, মতম তাঞ্জানা থবক ওইনা পাংথোক্লবা লাকচবনি অপিকপা লৈবাক লৌশিন্নবা অতোপ্পা অকনবা শক্তি লৈবা লৈবাক অমগা লৈবাব মান মকপ শান্নবকপদা (অপিকপা লৈবাক্তা) মশানা লাকচবা ইহৌনি। মখোযগী (বৃটিশকী) অনিংববু থৌনা ফনা মাযোক যানিংইবা লৈবাক অসিগী লৈজবা শক্তি পুম্না মপোক অসিমগী ওইনা নৈহ্নুনা মাংহন্নবা খুদোংচাবা তাঞ্জাবু মখোযনা (বৃটিশনা) হবান্না ওকনিংবগুম তৌবি, মবম অসিননি মখোযনা অনিংবা অমগী মখাদা শেম শাবিবসি।

হান্নলা থৌদোক কয়া থোকখ্রে, অদুবু ভাবতকী ইঙ্গং ঙাক্লবা তৌবা যাবা থবক্কী মবমদা কযাবক হন্না হাযখ্র , ভাবতকী নিংতম্বা ফংলবা অধিকাব লৈ হাযনা কযাবক হন্না হায়খ্রবা, নিংতম্লবা জাত্তি অমা ওইনা লান্দাবকপগা মাইবাং যাদুনা লাম্হেংনবদা মপুংফাবা সহযোগ পীগনি হায়না হন্না হন্না হাযখ্রলা গান্ধিনা, (ঐখোযনা) তৌফম থোকপা থবক্কী থৌবম মথাংদা কবিমতা হাযখিদে। অওইবমক, মশনা শান্তি মযাইনা লাকাগনি . . . লা কবিদ তৌগনি ? অমুক হন্না চানেনি ইবা অদুগী মতাংদা বৃটিশ সবকাবগা যানবা অমা পুবকপা যাবা মওংদা মতাক্লা কন্না তকশিনবা হৌবমই, মদু পাংথোকপা যাবা লম্বী থ না মহাক্লা ঙম্বমখৈ হোংনবমই, মদু পা থোকপা যাবা লম্বী ফংনবা মহাক্লা অপাম্বা অমদি মবমসিগীদমক্তা ভাইসবোয উন্নবা মহাক্কী অবেপ্পা ৱাখল অসিনাচংবগী মতাংদা মহাক্লা অল ইণ্ডিয়া কঙ্গ্রেস কামটিদা মাগী অবোয়বা ৱা হাযবমই। মাযামগী ওইবা নত্রগা লনাই ওইবা কঙ্গ্রেস ৱার্কিং কামটিগী মীযমদা মপুকনিংদা লৈবা থবক্কী পোযম অদু, তো তোপ্পা হাবম খবদা নতুনা মহাক্লা হাযখিবা লৈতে। য়ানবা অমা পুবকপা য়াদ্রবদা নন কোওপবেসন মুভমেন্ট, নোংমতং হবটাল তৌবা নত্রগা লৈবাক অসিদা থবক লেপ্পা, জাত্তি পুম্বনা য়ানিংদবা উৎপগী খুদম ওইনা নোংমতংগী ওইনা মীপুম্বগী ষ্ট্রাইক তৌনবা মীযাম প্রজাদা ৱাকংকনি হাযনা মহাক লনাইগী ৱাফম ওইনা হাযবমই। মসিসু মযেক শেংদবা ৱাফমনি, অওইবা ওইনা মহাক্লা কবিমতা পল্লমদে, য়ানবা অমা পুবক্লবা মহাক্লা হোংনবা যাবমখৈ হোংনদ্রিবযাওবা কবিগুম্না মখলগী প্লান অমতা মহাক্লা তৌনিংলমদে।

চাওখৎ থৌবাংগীদমক প্রজা মীয়াম্না শেম শাদুনা লৈগদবনি থোকপা য়াবা থৌদোক কয়া থোকলবসু শান্তি ওইবা অহিংসা ওইবা থবক্কা মবী লৈনবা পোলিসি থাবোইদৌবনি হায়বা নত্তনা মহাক্না নত্রগা কঙ্গ্রেস ৱার্কিং কমিটিনা কবিগুম্বা মখলগী লমজিং ৱাহৈ অমতা হায়বমদে।

অথিংবসিদগী লাম্ছোক্লবা লম্বী গান্ধিনা থিনিংলবসু মহাক্না পামলিবদু কনামতনা শকক য়াবমদে। থৌদোকশিংদুগী থৌবম পবেং অমদি পাযখৎলকপা থবক্কা যানদবা উংখৎনবা শোযদনা থোক্লবগনি হায়না খংনবকখি; য়ানদবগী তানফম যৌবকলবদা ময়াইদা লেপ্পনা কবিমতা কান্নবা লৈতে; কবম্বা মাইকৈদা লেপ্পা তাবগে হায়বদু মীপুম খুদিংমক্না খঞ্জবা তাবনি। অসুম্না অতৈনা মানা মানা পাম্না খন্নবকপদা কঙ্গ্রেস যাওবা মীওইশিংগীদি অপাম্বা মাইকৈ খনবগী ৱাফম অমতা লৈবমদে, মপাঙ্গল কনবা সবকাব তৌবা ঙম্বা শক্তিনা ঐখোযগী প্রজাশিংবু তকখাযনবা হোৎনবা তাবমই লোযননা ভাবতকী নিংতম্বগা মবী লৈনবা লানফম লাঞ্জাও, ঐখোয খুদিংমক্না তুমিন্না য়েংদুনা ভাবক ওইনা লৈবা তবমই অদুগা তানফম তাঞ্জা ঙাযদুনা য়ৈশিন্দুনা লৈবা তাবনি হায়বসি খল্লুদ্রবসু ইখং খংনববনি। ফনা য়াম্না নুংঙাইতবা পোক্লবসু প্রজা মীযাম্না তাঞ্জা ঙায়দুনা শোয়দনা লৈবা তাবমই; মহাক মশামক্না হান্না তৌখিবা থবক্কী তাবকপা ফল-মহৈদগী মশামক ঙাকথোক্লবা হোৎনবা অসিমক মকোক ওইনা কঙ্গ্রেসসিগী মফমর্দাদি ইকাইনিংঙাই ওইবমই অমসুং চোপনিংঙাইনি। মসিদগী হেনবা অমা মখোয়গী খন্নিংঙাই অমতা লৈবমদে। ভাবত অপুম্বগী হৌখ্রবা ৱাবীনা মখোয়দা তকশিনবগী ইহৌ নোংনা পীবমই, হৌজিক্কী ওইবা খোইবাংবা, তুংদা ওইহন্নিংবা আশা, পুম্নমক অসিনা মখোযবু মাং থাবা চংনবা ইনশিল্লমই; তৌবা য়াবা থবক পায়খৎহন্নিংলমই। "ক্রিএটিভ ইভোলুসন" কৌবা লাইবিক্তা বার্গসন্না হায, "হৌখি হৌখিবা কয়ানা, হান্না হৌখিবশিংগী মথক্তা মবোন নাবোন পৈখৎলি; মদুনা পুক্লিংগী পোথাবা কাবিমতা লৈহন্দে; তশেংবমক হৌখিববু মশা মতোমতনা কায়দনা ঙাকচৈ। মসিপুম্বগী খোংনুংদা হৌখিবা থৌদোক্না মিৎকুপ খুদং ঐখোয়গী তুং ইল্লি।... হৌখিবা থৌদোক্কী শকক খবতমক ঐখোযনা খল্লি, মসি চিংনিনিংঙাই লৈত্রবা ৱাফমনি, ঐখোয়না পামইবা, নিংইবা অমদি তৌবিবা পুম্বসি ঐখোয়গী থৱাইনা হেক হৌনদগী পান্না তৌবকপা, হৌখ্রবা মতমদা তৌখিবা পুম্বগা মবী লৈনৈ।"

১৯৪২ আগষ্ট তাং ৭ অমসুং ৮ দা বোম্বেদা ফমখিবা চাওববা মীফমদা "ভাবত থাদোকউ" (Quit India) হায়না লৈবাক ফাওনা খংনববা ৱাবেপ অদু, খন্ন-নৈনববা মতুংদা, অল ইণ্ডিয়া কঙ্গ্রেসনা তাখি। মদু শাংলবা, মপুংযাববা ৱাবেপ অমনি, ভাবতকী নিংতম্ববু মশক খংহনবা, ভাবতকীদমক্তা অমদি ইউনাইটেট নেসন্সকী মতাংদা মাইপাকপগীদমক ভাবত্তা বৃটিশকী শাসন লোযশিন্নবা তাবা ৱাবেপনি। (বৃটিশকী) শাসন্না মখা শাংনা চথবকপনা ভাবতকী চাং তাহল্লকপা নোংম নোংমগী মপাঙ্গল শোম্থহল্লকপা তাবনি লোয়ননা মশাবু কঞ্জবদা অমদি পৃথিবীগী ওইবা থৌদাং যাবদা ঙমহন্দনবা লেপ্পা লৈতনা তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈহন্দবা তাবনি। চাওববা সম্রাজ অমগী মপু ওইবনা শাসন তৌবগী শক্তি হেনগৎহন্দুনা মপাঙ্গল কনখৎহনবগী মহুত্রা মদুনা মখোযদা লুম্নবা পোৎলম অমদি চাওববা পাপ অমা ওইবমই। মহৈ মহৈ হংলকপা ৱাফমগী মতাংদা খুম্বা হেক য়াদবা ৱাফম, মতম কয়াগী মমাংদগী হৌজিক ফাওবদা লৈবল্লবা নিংথৌপানবা লৈবাকশিংগী লম ওইবল্লবা ভাবতনা ওইবমই; মবমদি ভাবতকী নিংতম্বনা বৃটেন অমসুং ইউনাইটেড ষ্টেটসকী অচুম অবান বিচাব তৌগদৌবি লোযননা এশিয়া অমসুং আফ্রিকাদা লৈবা প্রজা মীযামগী আশা অমদি হোৎনিনংবগী মপাঙ্গল পোকহনগদৌবি। প্রোভিন্সিযেল গভর্নমেন্ট শেমবগী ৱাফম হৌদোকপা মতাং ফাওবা, তাখিবা ৱাবেপ চংশিনখি, মীয়ামগী প্রজাশিংগী মকওইবা ক্লাংলুপ পুম্নমক মীতৎ যাওনা শেম্বা প্রোভিন্সিযেল গভর্নমেন্ট ওইগনি, ভাবতপু ঙাকপা, খুৎলায পায়বা লাম্মীনা অমদি অহিংসাগী চাওববা শক্তিনা লুচিংদুনা, মকপ শান্নকবা অচৌবা অতৈ লৈবাক্কী মতেংগা লোযননা ভাবত্তা লান্দাবকপবু ঙাকথোকপনা প্রোভিন্সিযেল গভর্নমেন্টকী অহানবা তৌফম থোকপা থৌদাং ওইবমই। সবকাব অদুনা কেন্দ্রশিংগী মীহুৎশিংগী শংলেন (constituent assembly) অমা থম্নবা স্কীম অমা সেমগনি; ভাবত্তা লৈবিবা জাতি পুম্নমক্কী ওইবা, ভাবতকী সংবিধান অমা শংলেন অসিদা শেমদুনা চংহনগনি। সংবিধান অদু ফেডবেল ওইগনি (defence, foreign affairs, etc, centre দা শিন্নবা নত্তনা ষ্টেটশিংদা মশাবু মশানা তৌবা মওংগী ওইগনি)। অসিগুম্বা ফেদবেল ষ্টেটশিংদা পীবা যাবা মশাগী নিংতম্না পীগনি; অসিগুম্বা নিংতম্ববু ঙাকচনবগীদমক লৈফম থোকপা অমদি মথৌনানা য়ুম্ফম ওইববতদা নিং তম্বনা লান্দাবকপশিংগী মখুত্তগী ভাবতপু কনবা-ঙাকপা ঙমগনি।

ভাবতকী নিংতম্বনা, এশিয়াদা লৈবিবা অতৈ জাতিশিংনা মশা মশাগী নিংতম্বা ফংনবগী তমজনিংঙাই অমদি ৱাহৌদোক ওইবা খুদম ওইগনি। ইউনাইটেড নেসন্সনা লমজিংদুনা (ইউনাইটেড নেসন্সনা হৌবকপদগী) নিংতম্বা জাতিশিংনা পৃথিবীগী ওইবা ফেডবেল শেম্নবা থম্নবকখি।

কমিটি অসিনা মখা তানা হাযবমই চিনা অমদি কসিযানা মবৈবাক কন্নবা হোৎনদবদা খুবৌ চেন্দনবা কমিটি অসিনা লাংতকনৈ; মবমদি মখোয়গী নিংতম্বসি মমল য়ামপ্পবনা মসিবু ঙাক শেনবা তাবনি নত্রগা ইউনাইটেড নেসন্সকী মশাবু ঙাকচনবা-কনজনবা লৈজবা মপাঙ্গল অদুবু খাংউথক্তা থুদেকলোইদবনি। (মতম অসিৱাইদা চীনা অমসুং কশিয়াগী মথক্তা তাবকপা খুদোংথীবদি খ্বাইদগী হেন্না তমথীবমই)।" তৌইগুম্বসুং ভাবত অমদি জাতি অমগী মথক্তসু খুদোংথীবা তাবকলমই, অসিগুম্বা তানফমদা মীবৈবাক্কী মীগী শাসন মখাদা লৈবনা অমদি তু শোন-মানশোন্নাবনা ভাবতকী ফীবম শোথহনবতা নত্তনা মশাবু কঞ্জনবগী শক্তি মপাঙ্গল মযেং তাহনগনি, লান্দাবকপগা মাযোক যাবা ঙমহল্লোই, মদুদগী হেন্দুনা লেপ্পনা হৌবকইবা খুদোংথীবা ঙাকথোকপা ঙম্মোই অমদি ইউনাইটেট নেসন্সকী মীয়ামদা কান্নবা কবিমতা ওইবোই।

পৃথিবী পুম্বগী নিংতম্বগী মতাংদা বৃটেন অমসুং ইউনাইটেট নেসন্সদা কমিটি অসিনা অমুকসু হন্না ৱাকৎলমই। মতাং অসিদা ৱাবেপকী মতিং পানবা হৌবমই – "ভাবতপু খুদুম চন্দনা থমইবা, ভাবতনা পামজবা মওংদা অমদি মীওইবা জাতগী নুংঙাই য়াইফনবা মতাংদা থিংদুনতা লৈববা, লৈঙাক্কী শক্তি পুম্না মখুঙা পার্যাশিন্দুনা থমইবা, মশা মতোমতগী যেংবা সবকাব অসিগী মথক্তা, অপাম্বা দাবী কযা খুঞ্জিন্নবা হোৎর্নাবিবা অসিদগী জাও আসবু নিংহন্নহনবদি কমিটি অসিগী অচুম্বা ওইবোই। মবমসিনা ভাবতকী নিংতম্বা ফংনবা, যোল্লিং ফলাং চন্দুনা থমইবা অসিদগী নাম্থোক্লবা লৈর্জবিবা ফংফম থোকপা স্বত অদু হোংবা তৌদনা লোৎশিন্নবা লোয়ননা মাইথীবা লৈবক্লবা গান্ধিজীগী লুচিং মখাদা মীয়াম প্রজা পুম্বনা মীয়ামগী ওইবা অহিংসাগী লাঞ্জং চংশিন্নবা কমিটি অসিনা অয়াবা পীদুনা ৱাবেপ তাখি। গান্ধিজীনা হেক খণ্ডবীবা মতমদা ৱাবেপ তাপ্পবা থবকশিং পায়খৎপা তাবমই। মমৈথংদা অসুম্না হাযবর্মী, কমিটিনা কঙ্গ্রেসতগী ওইনা শক্তি পার্যাশিন্নংবগী অপাম্বা কবিমতা লৈতে। পৱাব পীব তাববদি মদু ভাবতা লৈবিবা প্রজা পুম্নমক্কী ওইগনি।

মখোযগী খোমজিনবা ৱাফমদা মৌলানা অব্দুল কালাম আজাদ, কঙ্গ্রেস প্রসিডেন্ট অমসুং গান্ধিজীনা অসুম্না শেংদোকলমই, মথংদা যানবা অমা চাংলেম্না পুবক্লবা বৃটিশ সবকাবগী মীহুৎ ওর্হীববা ভাইসবোয উন্নগনি, ইউনাইটেড নেসন্সকী খ্বাইদগী মকোক্কসু উন্নগনি, ভাবতকী নিংতম্বা ফংবা মতমদা লান্দাবকপা এক্সিস পৱাবশিংগী মাযোক্তা লান পাংবাখিবা ইউনাইটেড নেসন্সকী ৱাফমবু হৌদোক্লগনি।

১৯৪২ আগষ্ট তাং ৮ গী নুংথিন অথেংবদা অবোযবা ওইনা ৱাবেপ অদু তাখি। পুং খবগী ভুংদা আগষ্ট তাং ৯ গী অযুক অঙনবদা বোম্বেদা অমদি লৈবাক অসিগী মফম অযাম্বদা মী কযা ফাখি। অহম্মদনগবগী লানবন্দসু অসুম্না অফং অপুনগী থবক চথাখি।

# তরাশুবা পন্দুপ

# অহম্মদনগর লানবন (অম্মুক হন্নকপা)

## অহানবা তাংকক

## থৌদোক পরেং

অহম্মদনগব লানবন। ১৯৪৪ আগষ্ট ১৩। মফম অসিদা ঐখোযনা লৈবকপা চহি অনি হেল্লকলে, নিতিগী ওইনা থোকপা থৌদোক, লেপ্লবা শক্তম, অউবা অয়েংবা মীওই খবতনা হোংবা লৈতনা য়েংনবা, চহি অনিগী মমাংদা মংখিবা মংগী পুন্সি মফম অসিদা মক হুল্লে। মতম খবগী তুংদা, মং মংলম্না অসিদগী ঐখোয় মিকপ থোক্লগনি, পুন্সিগী অমদি থবক্কী ওইবা হেন্না পাকচাওববা সংসাবদা, ঐখোয়না কোয়না চৎলগনি, মদুনা অহোংবা সংসাব অমা ফংহনগনি। ঐখোয়না উবিবা, থেংনবিবা পোৎ অমদি মীওইশিংগী তোঙানবা খাইনা পান্নদবা মওং অমা লাক্লগনি; অমুবক হন্না মখোয়বু ঐখোয়না নিংশিংলক্কনি, হৌখ্রবা থৌদোক কয়ানা ঐখোয়গী কোক্তা, ৱাই চিনহন্নগনি, অদুবু মখোয় অদু হান্নগীগা মান্নববোই লোয়ননা ঐখোযসু হন্না লৈবম্বা ঐখোয় অদু ওইববোই; মখোযগা তোবোৎ খোদানবদা ঐখোয়দা লুনা থোকলবা য়াই। হিংনবগী লানফমদা নোংমা নোংমগী ওইবকইবা অনৌবা জ্ঞান অসি, ইশ্বং খংহৌদনা ঐখোয়না হেক্তা মিকপ থোকপা য়াবা অদুম্না মখলগী তুমবা অমদি মং অদু নত্ত্রা হাযবসি কবিগুম্বদা ঐখোযদা ঙক্লা থোকপা য়াই। মং হায়বনা কবিনো মিকপ থোকপনা কবিনো ? অনি অসিমক অশেংব্রা মবমদি মখোয়গী অশেংবা শক্তম ঐখোযনা থেংনৈ অমদি ইশানা খংই নত্রগা মখোয় অসি মওং মউ নাইদ্রবা, প্রকৃতিগী ওইব্রা, চম্মন্নবা, ৱাখল পোকহনবা হোংদোক হোংজিন নায়বা অবেপ্পা লৈতবা মংলা ?

জেল অমদি জেলদা থবক লৈতনা চীক্লা লৈবনা ৱাখল খলহল্লি, হৌখিবা পুন্সিগী থোকখিবা থৌদোক্লা, মীওইবা অমগী মশাগী পুন্সি অমদি মীওইবগী থবক থৌনাগী মবী মবী শম্নববা শাংলবা ইতিহাসনা, অসিগুম্বা থবক লৈতবা পুন্সিগী অহাংবা শককপু মেনশিন্নবা হোৎনহন্নিংই। মবমসিনা হৌখিবা থা মবি অসিদা, লাইবিক অসি ইথবকপদা, ভাবতকী হৌখিবা মতমগী বেকোর্ট অমদি (ঐহাক্লা) তানশিল্লকপা জ্ঞানগী ৱাখলনা ঐহাকপু ৱাখল খলহন্নম্মী, ফাংলবা ৱাখলগী মবক্তগী খবদং ঐহাক্লা খনগৎলগা মদুনা লাইবিক অসি ওইহনবনি। ঐহাক্লা ইবিবসি হঙ্গৎনা য়েংবদা, মসি মপুংফাদবা, মবী লৈনদবা অমদি পুনশিনবা ইয়া য়াদবা, মখল কয়াগী শিংজু ওইনা উই; অদুবু ইশানা খংজবা শকক্লা মকওইনা, হাপুনা মচা খায়ববা অচুম্বা বেকোর্ট অমা ওইহন্নিংবগী মচু পুথোকপনি। ঐহাক্লা নিংইবা (তৌগে নিংলম্বা) অদুগী মায়োক্তা, ইশানা খংলুবা তানশিল্লুবা মচাক্লা তকশিল্লকপা অসুম হেঞ্জিল্লকখি। ঐহাক্লা ইতৎতত্তনা কুপ্পা য়েংশিল্লি, খৎথনবা লাকনৈ; অদুগা অযাম্বা মতমদা খুর্জি থাদুনা ঐহাক্কী কলম্না মনিং তৌনা, ঐহাক্কী ৱাখলদা মমি তাবকপা অদুক, অথিংবা লৈতনা, যেকশিলহল্লমই।

হৌখিবগী মতাং ইদুনা, হৌগ্রবা মতমগী লুমলবা পোৎলুমনা ঐহাকপু ৱাহনবদু কোকহন্নবা ঐহাক্লা হোৎনবমই। অদুন্নদি ওইবগা, হৌজিক অসিমক হৌজিকমক্কী ওইবা চম্মন্নবা অমদি চুমদবা মবম চাদবা কয়ানা কুপশিন্দুনা লৈবি; মমলবা তুংগী ওইবসু লাপ্পা, লাম্বা ফংদনা লৈপ্রি, মসিপুম্বগী অকম্বনা হৌখিবগী ওইবা অকম্বগী হেন্না য়াংবা নত্তে। পল্লেপফম লৈত্রবা কণ্ডাওনববা ৱাখলনা, ৱাখল খল্লিবা মীদুদা অমদি অতৈ মীওই কয়াদা নুংঙাইফম পীদনা, ৱাখলগী পোখাফম খংদনা হৌজিকফাওবা কণ্ডাওননা লৈবি। অৱাবা ৱাখলগী মমি তাদ্রিবা, ৱাখলগী অনাবা চৈথেং ফংদ্রিবা, চিংনবগী মমি তাদ্রিবা চিংনবা লৈইনা খোক্ত্রিবা, অদুগুম্বা নৌববা শেংলবা ৱাখলবু কল্লকই। ঙহাক্কী ওইবা অৱাবা, অনাবা নংদ্রবা যাদদুনা নংলবসু, কয়াদা নুংঙাইবিগবা, পুন্সি অদু, মখোয়দা।

অমগী মতুংদা মথং মথং, থোকলি থৌদোকশিংনা, শবকশিবা লৈত্রবা, অখম্বা নাইদ্রবা, থৌদোক্কী ইচেলনা, লেপ্পা লৈতনা চেষ্টবি। মমাং থানা খুদক্তা থোকখিবা থৌদোক্কী, অহৌবা অমদি অবোইবা মহৈ (ফল) অমগুম, শক্তম অদুতবু য়েংদুনা, থৌদোক অদুতবু তোঙান্না খাযদোক্তুনা মদুগী অকুপ্পা মবমবু খংনবা ঐখোযনা তান্নবি। অদুবু মসিগী অহৌবা হায়বা অমা লৈতে, অবোয়বা লৈতবা, হান্না মাংজৌ মাংজৌননা থোকখিবা থৌদোক্কা মবী মবী শম্নবক্তুনা থোকপা মবীগী মতাং অমনি; অতৎ-অখম লৈত্রবা থৌদোক্কা তত্তনা থোকই মীওইবগী ৱাখলদগী, তর্কশিল্লকপদগী, মশীং লাকণ্ডমদ্রবা মীওইবনা অমত ওইনা পুনশিন্দুনা উৎলকপা অপান্নদগী, অমগা অমগা নিংঙাই-শাংদানদুনা খৎনবকপদগী, কনা'মতগা তিন্নদবা অতৈগসু ইমান মায়দবা, অপান্না-অনিংবা অমগী মখাদা পুথোবকাল। অপান্না ৱাখলগী ইথিন, তকশিনবা আশা পুম্নমক অসিবু পোকহল্লি হৌগ্রবা থৌদোকশিংনা, মতম কয়াদগী লৈবক্লবা জান্না; অদুগা অনৌবা থৌদোক্কা, তৌফম থোকপা অমগুম্না তুংদা ওইবক্কদবা থৌদোক্কী মচাক ৱাত্তনা হুল্লি। পোকপদগী লাইবক্লা তমলকলবা মী, মশীং লাকণ্ডমদ্রবা থৌদোক কয়া নক্ষত্তুনা লাকলবা লুচিংবা মী পুম্নমক অসিনা চিংনবা লৈতনা পাংথোকইবা থৌদোক মাবেংগী ওইবা মকওইবা শকক, মখোয়না পাংথোকইবা অদুসু হৌগ্রবা থৌদোক অমদি থৌদোক্কী মতিক ময়াইনা ওইহনবা ঙাকনি, পাংথোকপা ঙম্নবা পাঙ্গল হৌগ্রবা থৌদোক্কা মখোযদা পী (হাপই)।

# তরাশুবা পন্দুপ

## অনিশুবা তাংকক

# অনিগী চাংদম্নবা গুণ ঃ
# ভারতমচা অমসুং সাহেব (বৃটিশ)

১৯৪২ আগষ্টতা ভাবত্তা থোকখিবদু ইখং খংহৌদনা মতোমতা ফগৎলকপা নত্তে, মমাংদা থোকখিবা থৌদোক কাযনা পুবকপা খমথেংনা ব্লাংলবা শর্কক্লি। মদুগী মতাংদা কযা ইনখ্রে, তকশিন্দুনা, ঙাকথোক্তুনা, অফ-ফত্ত পুথোক্তুনা লোযংনা পাওখুম কয়ামসু পীখ্রে। অদুবু ইনবিবা অদুনা ইবিবা অদুগী চপ চাবা অর্থ পুবকপা ঙম্মখিদে: মবমদি মদু বাজনিতিগী ওইবা ব্রাখল কবিগুম্বা অমদা পানশিল্লুবননি অমদি মশাগী ওইজবনা বাজনিতিগী ওইবদগী হেন্না ব্লাংবা, লৃবা হেল্লি। মীবৈবাক মচাগী শুপ্পম শাসন মখাদা লৈবা, অমদি খাংবা কুইনা ঙমফম থোক্তে হাযবা, মসিগী মকমদা মীপুম খুদিংগী অমতা ওইবা অপাম্বদু ফোংদোক্লবকখি। ওইবক্কদৌবিবা শাসন্না চাওখৎ থৌবাং পুবকপা ঙমগদৌবিব্রা নত্রগা অতোপ্পা লমথৈ অমবোমদা চাওখৎ থৌবাং পুবক্কদৌবিব্রা নত্রগা মুক্লকবনা হেন্না ফত্তবা মহৈ (ফল) পুবক্কদ্রা - অসিগুম্বা ব্রাহং কযা মখা তানবকখি। মসি পুম্বা থোকহন্নিংদবগী ব্রাখলনা কোক ঙাওবমই লোযননা থোকহন্দবগী পীফম থোকপা মমল ফাওবা পীনিংলমই, অদু খল্লু খল্লুবা খুদিংদা খাংবা ঙমলমদে।

ব্রাখল অদু অনৌবা নত্তে; চহি কযামক খন্দুনা লাক্লবনি। মহৌশাদি ব্রাখল অদু থৌদোক কযানা হেক হেক কাওহল্লমই কাওহন্নবগী মফম চাওনা থনমই। লানমক, অসিবু কাওহন্নবা অমদি নৌহৌননা কাংথোকহন্নবা মচাক্কনি। মতম কযাগী মতুংদা ইকুই কুইদনা ওইবক্কদবা ঐখোযগী আশাবু ওইবা য়াবা মওংদা খংহন্দুনা অচৌবা অহোংবা অমা পুবক্লবা লোযননা মপান নায়দ্রবা চাওখৎ থৌবাং পুবক্লবা মসিনা ঐখোয়বু মিৎ পাংহল্লি। অদুগা মতেং পাংনিংবগী অপাম্বা ইথল্লা হোযদুনা হেক্ত ঐখোয়না তৌবম্বা য়াবা কয়াবু মসিনা থিংলমই নৎলমদ্রবদি লাঙ্গাও হৌবকইবা কল্লবা শক্তিগী মাযোক্তা লাংচংবা থিংলমলোইদৌবনি।

তৌইগুম্বসুং লাঙ্গাওনা কর্নশিল্লকপদা হেন্না ময়েক শেংনা উনবকখি মদুদি নোংচুপকী ডিমোক্রেসিশিংনা অহোংবা অমা পুবক্লবা লান শোক্লবা নত্তে; মখোযগী মহৌশাগী থায়নগী হুকুম অদু মতম শাংনা ত্তং কোইহন্নিংবনা লান শোক্লবম্বনি। ফেসিজমগী ওইবক্কদবা ফল অদু কীবত্ত নত্তনা ফেসিজমগী অপাম্বা অদুবু যানিংবনা অমদি ফেসিজমগী মহুৎশিনবা ওইনা লাক্কদৌবিবা অদুগী অকীবা পোকপনা মখোযনা, লাঙ্গাও হৌদ্রিঙৈ মমাংদা, ফেসিজম্বু য়ানিংলমই। নাজিজম, ফেসিজম খংহৌদনা খুদক্তা হেক্তা থোবকপা নত্তে নত্রগা ইতিহাসকী থৌদোক অমা (ঘটনা অমা) নত্তে। হৌখিবা মতমদা সম্রাজ অমদি জাত্তিগী মান্নদবা খেৎনবনা মবম ওইদুনা থোবকপা থৌদোক্তগী মখোয অসি মশানা মতম-মতুংইন্না থোবকপনি মসি শেংলবা ব্রাফমনি; মদুদা নত্তনা জাত্তি মশেন অমগা অমগা খৎনবকপা, শক্তি পাযনবগী হীদান্নবকপা, সমাজগী পনখৈ নুংদা খুৎশা হৈবগী চাওখৎলকপা খোংজংনা পন্দোম লোম্না চাওখৎহন্নবা কায়াৎ অমদি আশা উবক্তবা, ডেমোক্রেসিগী ফীদম ওইববা ব্রাখলগা ব্রাখল অসিগী মায়োক্তা লৈবা সমাজগী মওংগী অপাম্বগা অনিগী মবক্তা ঈশিংগা থাওগা তিন্নবা য়াদবনা অতৎ অথম লৈতনা থোবকপা চয়েৎনবা, পুন্নমক অসিনা মখোয় অসুব হায়বদি ফেসিজম অমদি নাজিজমবু মতম্না থিংবা য়াদদুনা মশা মশানা থোকচবকপনি। নোংচুপ থংবা ইউবোপ অমসুং অব্রাং আমেবিকাদী বাজনিতিগী ওইবা ডেমোক্রেসিনা, জাত্তিগী অমদি মীওই খুদিংগী ওইবা চাওখৎ থৌবাংগী মাইকৈদা লময়ান্দুনা, শেন্থুমগী মান্নবা ফীবম তম্না (শোয়দনা ফংনবা) অনৌবা পাঙ্গল

অমদি ব্রাখল পী। অসিগুম্বা মতাংদা য়ানদবা, খৎনবা লাক্কল্লি; পোলিটিকেল ডেমোক্রেসি অসি হেন্না পাক শন্দোক্লবা নত্রগা অথিংবা অমা পীবা লোয়নননা মুখৎনবা হোৎনবা অসিনি। তত্তনা অথিংবা পীন পীনা ডেমোক্রেসিগী ব্রাখল পাক শন্দোরকপদা নত্তনা পাক্কা শয়া লম কোনশিল্লকই শন্দোবকই, লোয়নননা বাজনিতিগী চাওখৎ থৌবাংদা খ্বাই পুম্বনা য়ানবা অপান্বা ওইবকই। হেন্না পাক-শন্দোবকপনা সমাজগী চৎনবোল অমদি শেমগৎ শাগৎপগী মক-হৌবকফমবু খুদোংথীহল্লকপা মতম অমা লাকই, মতম অদুদা সমাজ-শেমগৎলির্বসিংনা ব্রাকৎলকই, থুগাইনবা খোংজংদা চংশিল্লকই লোয়নননা মখোয মশামক্লা লাকলিবা অহোংবদুবু মায়োক য়ানবা শেম শাবকই। অসিগুম্বা ফীবমদা তাবক্তুনা য়ানিংদবা অহোংবা পুবকনিংবা ব্রাখলনা হেন্না থুনা চংশিল্লকলবা লৈবাকশিংদা, ইফোং ফোংনা, ব্রাখল তৌনা ডেমোক্রেসিবু থুগায়নদুনা ফেসিজম নাজিজম পুশিল্লকই। থোকলকইবা থৌদোক অদুবু অঁতে অতোপ্পা হীবম কযানা থীহুহল্লবসু, অদুগা মকওইনা মবাতপ্পা পানবা ডেমোক্রেটিক সবকাবগী মতম শাংনা চত্থবকলবা চৎনবীনা ফাওবা মতেং পাংলবুস, নোংচুপ ইউবোপ অমসুং অব্রাং আমেবিদকাদা চৎলিবা ডেমোক্রেসিদা (মথক্তা পনখ্রিবা) ইবাং অসিমক থোবকলমই। ডেমোক্রেসি খবগী মকমদা ডেমোক্রেসি শুকচৎ চত্তবা নিংথৌপা-নবা লৈবাক কয়া অমদি মকোক হায়গৎলবা ফেসিজমগা মবী লৈনববা মী অমতনা শাসন চুকলি পায়শিল্লবা লৈবাক কযা'মসু লৈবমই। ফেজিজম চৎপা লৈবাকশিংদা তৌবগুম্না মফমশিং অদুদসু শাসন পায়বা কাংবুশিংনা, নিংখা তম্বগী শক্তীবু নমথনবগীদমক, সবকাবগা য়ানদবা কাংবু, মশাগী ওইজবতা থিবা কাংবু অমদি লাইববা থবকশুবা কাংবুবু নৈতৎপা শেঞ্জাও পায়বা কাংলুপকা অমতা ওইনা খুৎশম্নবমই। ডেমোক্রেসি হায়বসি ফীদম্নফম অমা ওইনা ফববসু মখোয় মখোয়গী মঁবৈবাক্তা চৎহনিংলবসু, মখোয়গী লোয়লমদা চৎনবিবা তোপতোপ্পা মবম কয়াগা চান্নদে হায়না মখোয়না হায়বা হৌবমই। ফেসিজমগী কা হেনবা শা ঙাগী লিচৎ শাজৎ অমদি থীববা শক্তম মখোযনা পামদ্রবা ফাওবদা ফেসিজমগা (মবী লৈনবা) চান্নববা অপান্বা মখল কযা মখোয়গী ব্রাখলদা ফাওবকপসি নোংচুপ হাবমগী ডেমোক্রেসিগীদমক্তা মশানা মতোমদা লাকচবা মঁহৈ ওইবমই।

মশা কঞ্জনবা লান নমদুনা শোক্লহনবা মতমদা, নিংবা কায়বগা লোয়নননা মাইথীবা ফংখ্রবা ফীবম অদুমক হাঞ্জন্না তাবগদ্রা হাযনা মখোযনা হন্না হন্না খল্লকই। লান শোক্লববু ঙাকথোক্লবা লান ওইনা মখোয়না উই অমদি খল্লি, অদুগা অমবোমদদি মদু মখোযর্দাদি চুমই। অদুগা লান শোক্লবগী অতোপ্পা মবম অমগা লৈবমই; মদুদি সিফাইগী মহৌশা খঞ্জাবা ব্রাখলগী ব্রাংমা ওইবা লোয়নননা ফেসিজমগী অপান্বা অমদি শক্তমবু লাকশিন্নবা লানথেংনবা, লমচৎ শাজৎকী ওইবা লান্নি (লাল্লোংনি)। মবমদি মদু, হায়নবকলিবা, পৃথিবীগী মীশিংগী থবাইগীদমক শোক্লবা লান্নি। মসিতদা (লান শোক্লববতদা) অহোংবা পুবক্লবগী মক হল্লি, মসি ফেসিজম চৎপা লৈবাক্তগী নত্তে ইউনাইটেড নেসন্সকীনি। কল্লবা শক্তিগা লোযনববা প্রোপগণ্ডানা লান শোক্লবগী তমজনফম ওইবা অফবা মবমবু চমমনহল্লি; হৌখ্রবা থৌবমবু কনবদা অমদি নৌহৌবনা নিংশিংহনবদা ওইনা খঁন্নে, ইনৌ নৌনা তুংদা শেমগৎ শাগৎপগী ওইনদি খন্নদে। মীওইবগী হৌনশা ওইববু কন্না থাজবা মী কয়া নোংচুপ লমদা লৈবমই, পৃথিবী লাঞ্জাওদা মযেক মশোন শেংনা থীনা মাইথিবা ফংখ্রবা মীওইবা কাংবু অমনা শোয়দনা অমুক হন্না ফাওগৎলক্তুনা অনৌবা পৃথিবী অমা শেমগৎলকপা মখোযনা (নোংচুপ হাবমদা লৈবা মী কাযনা) পান্নমই। লানবু লাল্লবসু, অসিগুম্না অহোংববু আশা কন্না তৌবা, লানফমদা মথব্রাই থাখিবা অমদি লানশোক্লবা যাওখিবা মীওই ফাওবা যাওনা মীশিং লাকঙমদ্রবা মী কয়া অমা লৈবমই। অসিগুম্নবা, মবৌ মশীং মাংহনখ্রবা মবোই মবাং তাকখ্রবা, ওৎ নৈহৎপীববা, অমদি জাত্তিগী ওইনা ফত্তবা থবক কযা তৌববা, মীওই কোটি চা কযা কয়া ইউবোপতা অমদি আমেবিকাদা লৈবমই, এশিযা অমসুং আফ্রিকাদনা অমুক্কা তেন্না মীশিং য়াম্না লৈবমই, তৌখিবা মতমবু নিংশিংউবা অমদি হৌজিমক্কী ওইবা অব্রাবা নিংশিংউবদা মখোয়না লাঞ্জাওবু কাওবা ঙমদে, মখোয়গী ওইবা আশানা মবম ইচা চাদ্রবা ফাওবদা, মখোযবু থীনা নৈহৎলিবা পুবা থাংবা ঙমদ্রবা অব্রাববু খবংদদা ওইববসু লাঞ্জাওনা কোকহনগনি হাযবা অসিমক মখোয়গী পান্না থাজজর্বানি।

তৌইগুম্বসুং ইউনাইটেট নেসন্সতা যাওইববা লুচিংবাশিংগী মিৎয়েংনা মাইকৈ অমবোমদা য়েংলমই; হৌখিবতমক মখোয়না য়েংই তুংদা থোক্লক্কদবগীদমক্তদি কবিমতা য়েংদে। কবি কবিগুম্বদা, মখোয়গী মীশিংনা অপাম্বদু (খৌবাংবদু) কোকহন্নবগীদমক, তাব-নুংঙাইববা, ফজবা, ব্রাহৈ-ব্রাতানা তুংদা ওইবক্কদবা মতাংদা ঙাংই; অদুবু ফজনা, তাবদা নুংঙাইনবা ঙাংইবা ব্রাহৈ ব্রাতাগা চান্নবা কবিগুম্বা থবক অমতা পাংথোক্লবা তৌদবা অসিমক মখোয়গী পোলিসিনি, মদু নত্তনা অঁতে অমা

অমুক হন্না চত্থবা নত্তে; মসিদা লাকপা অহোংবা হায়ববু ইংলণ্ডদা লৈবা সমাজগী ফীবমদা অমদি মহাক্কী সম্রাজগী লৈঙাক পথাপতা অহোংবা খজিক য়াওরকপা অদুমণ্ডাই। প্রসিডেন্ট রুজভেল্টকী হায়রুরগসু ঙন্না ঙন্না ব্রাশকপা অদুগী মতাংদা অদুক ঙাংবদু মঙাই; মহাক্কী পোলিসিনা থোয়না হেন্না তোঙঙানবা অমা ওইদে। অদুম্মক্তি ওইবগা পৃথিবীদা লৈবিবা মী পুম্নমক্নদি মখোয়না নিংজবা আশাগা লোযননা মহাকপু ব্রাখলগী মিৎয়েংনা শাংনা উবা ঙম্বা, ঙাংবা শকপা হৈশিংবা মী অমনি হায়না উবম্মী, লৌবমই।

বৃটিশ শাসন পুবা কাংবুনা মতাং অসিদা মতেং পাংবা ঙম্বা হাযববু ভাবতকীদমক্তা অমদি পৃথিবীগী অতৈ লৈবাক্কীদমক্তা তুংদা ওইবক্কদবা পুম্বা হৌখিবগা চপ মান্ননা কবিমতা হোংদনা চত্থবনি; অদুগা হৌজিমক্কী ওইনা তৌদবা য়াদদুনা চত্থবকইবা অসি ফাওবা হৌশ্রবা নিতি নিয়মদগী কবিমতা হোংদনা চত্থবা ঙাকনি। হৌজিক তৌবিবা অসিমক, মসিগা মান্নবা মক তুংগীদমক্তা হুনর্বনি। মতৌ মান্না হান্না পীবা ক্রিপ্সকী প্রোপোজেলশিং অদু ভাবতনা নিংতম্বা ঙমদনবা; লানঙমদ্রবা অচৌবা পঞ্জাও অমা শাগত্নুনা ভাবতবাসীবু কীহনবা, ঐখোয়গীদমক্তদি অনৌবা খুদোংথীববা পোফম অমা হাপচিনবনি। ব্রাফম অসিমক মখোয়না খন্নবা য়াবমখৈ খন্নদুনা হান্ননা শেমশাগ্রবা ঙাকনি। ভাবত্তা চলাইবিবা, বৃটিশ সবকাবগী ওইবা, মখোযতনা মখুৎতা শক্তি পুম্বা পাযশিনবা, পাক-শন্না মখোয়দগী কান্নবা য়েংবা, শাসন চলায়বা লোয়ননা প্রজাগী ইচম চন্নবা নিংতম্বা অমদি ফংফম থোকপা স্বত-পুম্বা পাকশন্না নমথদুনা থমম্বা অসি লাঞ্জাওগী মতমদা অমদি লাঞ্জাওগী মমিংদা চত্থবা য়াবা ঙমখৈ পম্বুংফম য়ৌগ্রবনি। হৌজিক লৈবিবা মীবোনগী মনুংদা কনা'মতনা অসুম্না তৌবসিমক থেংনখিদ্রি। মখোয়না তৌবিবা অসি তুংদা ওইবক্কদববু হান্না তাকথোকপনি, তুংদা লাক্কদবা ওইবক্কদবা থবক্কী শক্তম অদুবু উৎথোকপনি; মবমদি হৌজিক তৌবিবা অসিমক কবিমত্তা কায়দনা তুংদসু অদুম মওইবগদবনি। মখোয়না নমথবিবা অসিবু য়াবা নত্তনা অতৈ অফবা (হেন্না ফবা) অমা অমুক লাক্কদবা উদে।

ভাবত্তা লৈবিবা মী কোটি কয়ারোম অসিগী মনুংদা, মখোয়না তৌবিবা অসি মশাদা পাল্লবা, মী কযা যামমীবগে ' মসি হায়বদা হায়ঙমদে। মবমদি লাইববা অব্রা-অনংনা মী কোটি কয়াগী অয়াম্বা মীশিংগী বুদ্ধি লৌশিং পুম্বা শুমহৎখ্রে। অদুগা লৈহৌরিবা মীশিং অদুসু অফিসকী থবক তৌরুবনা নত্রগা মশাগী ওইজবা তাল্লুবনা, নত্রগা কান্নবা কয়া ফংলুবনা নত্রগা তোপ তোপ্লা দাবী কয়ানা মখোয়গী ব্রাখল চোয়হনবনা শেনজাবাঙাক ওইখ্রে। অদুম ওইনমক পেন্দবগী নুংনাংবা ব্রাখল, য়াম্না পাক্লা শন্না শন্দোকখ্রে; থেন্না লুনা খনবগী খেন্নবা অদুক লৈবদু মঙাইরে; কবিগুম্বদা অতৈ ব্রাখলনা খজিক নমহৎপদু মঙাইবে। মসিগী মনুংদা অথোই অহেনগী তাংকক কয়া লৈবমই; তাংককশিং অদুদি খুদোংথীবা কয়াবু থৌনা ফনা মায়োক যাদুনা থবক ওইনা নমদুনা থোকহনবা য়াবা য়ৌনা থাজবা অমদি অপাম্বদগী খুদোংথীবা য়ৌঙমদ্রবা অণাপ্পদগী নুংশি শাজিন্নবা ব্রাশিন্নবা ফাওবগী মনুংদা লৈবিবা তাংককশিংনি। ওৎ-নৈবগী ইবাংনা মাইকৈ পুম্বা কোযশিনখিবনা নুংশাশ্বব হোন্নবা নুংশিৎ ফাওবা থিংজিনখিবনা, কাংবু খবদি নুংশাশ্বব থিংলমই, চবম ফুল্লমই অব্রাবা ইপাক্তা তাবমই; অদুগা কাংবু খবদি অচম্বা থোয়না কান্নদবা মওংদা লৈবনা মখোয়না পামদ্রবা ফীবমদা লৈদুনসু অদুগুম্বা ফীবমদা হৈননা লৈবা ঙম্বা শক্তি মখোযগী লৈজরম্মী।

বৃটিশ শাসন মখাদা ভাবত্তা লৈবা মীশিংগী মশা মশাগী ওইবা অবস্থা ফীবম থীনা খেৎনবমই। সাহেপশিংগী ব্রাখলগা ভাবতমচাশিংগী ব্রাখলগা অনিগী খেৎনবনা থীনা পাক-চাওখিবা মসিদগী হেনবা ঙকনিংঙাই অমা তশেংনমক লৈতে; কনানা চুম্বা কনানা লানবা, তৌবতবু খেৎনবা, মত তিন্নদবা অসিমক্লা মবম ওইদুনা ভাবত্তা বৃটিশশিংনা ব্রায়েনবা (শাসন পায়বা) কাংবু অমা ওইনা মথৌ পাথোকপা ঙমদ্রিবনি, হায়বসি, চুমলবা ব্রাফম অসিনা ময়েক লানা উৎলি। অমগা অমগা নুংশিনববদি ব্রায়েল্লিবা কাংবুগা প্রজাগা অনিগী মবক্তা পুকচেন খোয়জেন মান্নবা অমদি মান্নবা ব্রাখল অমসুং মিৎয়েং খরদা ওইববসু লৈফম থোরকপা মশানা তাবনি। ভাবত্তা লৈবা বৃটিশশিংদি মতমপুম্বদা বৃটেনগী conservative ওইবা (অহোংবা পামদবা) ব্রাখল অমদি মচাক্লা মচু শংলবা ঙাক্লি; মখোয়গা liberal ওইবা (চাওখৎপা অহোংবা পামবা পুকচেন চাওবা) ইংলণ্ডদা লৈবা কাংবুগা অনিগী মবক্তা অনিমক্কী ওইবা য়ানবা কবিমতা লৈতে। ভাবত্তা চহি মতম শাংনা লৈবা অদুক

মখোয়গী থম্মোই কল্লমই; অদুগা থবক্তগী পোত্থাদুনা ইংলণ্ডা হনখ্রবা মতমদা মখোয়না অথং অহৈ শাই; ভাবতকী থৌদোক কয়াদা মখোয়না পাওতাক পী। মশাগী পুকচেন শেংবা থবক তৌবদা ইচংথৌববু মখোয় মশানা থাজজে; ভাবত্তা বৃটিশনা শাসন তৌবগী কান্নবা অমদি শাসন তৌবা দবকাব ওইবা লোয়ননা ইংলণ্ডগী নিংথৌমচাশিংগী চৎনবী ঙাক্না মখোয়গী মীহুৎ ওইনা, অৱাংবা থাক্তগী ওইবা শক্তম উৎপদা মখোয়না হৈনবমই। মবমদি মখোয়গী শাসনগী মৰু ওইবা শক্লক অদু নেশনেল কঙ্গ্রেসনা শিংনবমই লোযননা ভাবত থাদোক্লবা তকশিল্লমই; নেশনেল কঙ্গ্রেসপু প্রজাগী য়েক্লবা নম্বব ৱান ওইনা মখোয়না উবমই। শোক ১৯৪১ দা সেন্ট্রেল এসেমব্লিদা ৱা ঙাংবদা, মতম অমদা ভাবত সবকাবগী হোম মেম্বব ওইবম্না সাব বিজনেল মেক্সওযেলনা মহাক্কী মপুক্লিংদা মমি তাববা ভাবতকী শক্তম উৎলমই। লাঞ্জাওদা লানগী বন্দি ওইনা ফাবকপা জর্ম্মন অমসুং ইটালিশিংদা, চৎখিবা তমথীববা শাজৎ অদুদগী হেন্না তমথীনা, শাগী ঙাগী শাজৎ চৎখিবা তমথীববা শাজৎ চৎাখবা, বিনাব তৌদনা কৈশুমশংদা ফাদুনা থমজিনখিবা কঙ্গ্রেস, শোশিযোলষ্ট অমমদি কম্মুনিষ্টশিংদা তৌবা অবানবা চার্জ্জ অমসুং ইটালিশিংনাদি মবৈবাক্কীদমক লান শোক্লজবনি; অদুগা অতৈশিং অসিদি (কঙ্গ্রেস, শোশিযেলিষ্ট অমসুং কম্মুনিষ্ট অসিদি) সমাজগী য়েক্লবান; প্রজাশিংদা থাজদবা পোকহন্দুনা চৎনবিবা হুকুম ইলহন্দে হাযনা মানা হায়বম্মী। ভাবত মচানা মবৈবাক মনিং মখা তমহন্নিংই, ভাবতকী ওইবিবা শেল থুমগী ফীবম অহোংবা অমা পুবকনিংই হাযবা অসিমক মঙোন্দদি তশেংনমক মবম চাদবা স্তান যাওদবা ওইনা তৌবমই (মহাক্না লৌবমই)। মহাক মশামক্কী মমা লৈবাক্না জর্ম্মন অমসুং ইটালিগা শাথিনা লান শোক্লববসু ভাবতমচাদগীদি জর্ম্মন অমসুং ইটালিবুনা মহাক্না থোযনা হেন্না নুংশিবমই। মসি বসিয়ানা লাঞ্জাওদা য়াওদ্রিঙৈ মমাংদনি; অদুবু মমৈদদি সমাজগী ফীবম হোংহন্নবা হোৎনবকপা খুদিং যাদবনা মখোয়গী ফবম্মী। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও থোক্লিঙৈদা ফেসিসকী শাসনগী তত্তনা থাগৎনবমই। বৃটিশ সম্রাজ অসি লৈহন্নিংই হায়না মহাক্কী ম্যোন কেম্পতা অমদি কায়নথংদসু হিটলাবনা মশামক্না হাযখিদব্রা ''

এক্লীস পৱাবশিংগী মায়োক্তা শোক্লবা লাঞ্জাওগী মতাং খুদিংদা ভাবত সবকাবনা মতেং পাংনিংবনা লাংতক্লবমই। কঙ্গ্রেসনা মকওইনা লেপলিবা, জাত্তিগী ওইনা ভাবত্তা হৌবিবা ইহৌ অসিবু মরু ফংনা তকথাযবা হায়বা অতোপ্পা লানঙম্না অসি য়াওদনদি মখোযনা (বৃটিশনা) মপুক্লিংদা আশা তৌবিবা লানঙম ফিবাল পায়হনবা অসি মপুং ফাবোই খল্লমই। ক্রিপ্সনা শিনবা য়াননবা পুবকপনা মসি থোযনা হেন্না খুদোংথীহল্লমই; মখোয়না ঙমখিদবা অদুমক মনুংঙাই অমনি। হৌজিক্তি কঙ্গ্রেস অমসুং কঙ্গ্রেসপু মিৎচং চংবা কাংবুবু থেংননবা লম্বী যেংলকলে। কান্নবা মতম য়ৌবকলে; মবমদি মসিগী মমাংদা মপান নাইদ্রবা শক্তিগী চূমল্লিবা অমতা ওইবা ৱাখলগী মমি তাবমদে; সেন্টবদা অমদি প্রোভিন্সসিংদা লোয়ননা ভাইসবোয় অমদি মখাদা লৈবা মকোকশিংগী মথুত্তা অসিগুম্বা চূমশিন্নবা শক্তি লৈবমদে। লাঞ্জাওগী ফীবম লুশিল্লকখি; মায়োক্লবা যেক্লবাশিং নত্রগা লানগী চৈথেং খাংবা ঙমদ্রে হায়বা অদুমক ওইবা যাবা অচুম্বা খন্নফম ওইবমই। ক্রিপ্সকী থৌদাং অমদি মতুংদা থোবকপা পাওজেন পুম্বনা ইংলণ্ড অমদি অমেবিকাদা ভাবতপু মীতাদুনা খন্নবম্বা অমদি মশাতগী ওইজবা যেংদুনা খন্নবকখি। শক্লক অদু ইংথহল্লম্মী। অদুগা ইংলণ্ডদি, ভাবতকা মবী লৈনবা খুদিংদা মশানা অচুম্বা থবক মতম পুম্বদা তৌই হায়বগী ৱাখল অদু অহোইননা হেনগৎলকখি। অসুম হায়নসু মখোযনা খন্নবমই, মদুদি ভাবত্তা লৈবা প্রজা নত্রগা মখোয় অযাম্বা ভাংন শানবা যাদবা, (মকওইনা বাজনিতিগী মবমদা) খুদোংথীনিংঙাই ওইবা, ৱাখল-পুকচেন পীকপা ঙাকনি, মতম মতমগী ওইনা থোবকপা খুদোংথীবা মখোযনা মশক খংদে; জাপানবু মখোযনা মীনুংশিগা লোযননা য়েংই। মিষ্টব গান্ধিনা ইথোবকপা অমদি হাযদোবকপা ৱাফমনা মহাক অসিনা তৌথোবকপা খুদিংদক কদাইফাওবা ওইথোকপা যাদবগে হায়বদু প্রমান তৌনা উৎলি, মবমসিনা মসিগী মতাংদা লৌখত্তুনা তৌবা য়াবা হাযববু গান্ধি অমদি কঙ্গ্রেস অসি পুন্সি অসিগী অবোয়বা ওইনা তাহত্তুনা লোয়শিল্লবতদা ওইগনি হাযনা (মখোয়না) লেপ্পমই।

# তরাশুবা পন্দুপ

## অহুমশুবা তাংকক

# ময়ামগী ওইবা অহোংবা (অন্দোলন) অমদি নমথবা

১৯৪২ আগষ্টকী তারিক ৯ গী অয়ুক অঙনবদা, ভারতকী মফম পুম্বদগী মী কয়া ফাজিনখি। অদুদগী করি তৌখি ? চয়োন খরগী মতুংদা মরম চাদবা পাও খর খরদ ওইনা ফোংবা হৌরকখি; ঙসি ফাওবদা থোকখিবা থৌদোক অদুগী মপুংফাদ্রবা শক্তম অদু উবা ঙমই। মকোক ওইনা লুচিংবশিং পুম্না ইখং খংহৌদনা ফাজিনখি; করি তৌবা তাবগে হায়বা কনা'তনা খংঙমখিদে। অদুগা তশেংবমক, তৌফমসু খংদবনা, মফমপুম্বদা চপ মান্নবা লৈবাক মীয়াম হৌনরকখি। মীয়াম হৌরকপদুদা নোংমৈ কাপশিনলকখি, টিয়ার গ্যাস বোম শিজিন্নদুনা মীয়াম কায়নবা হোৎনখি; প্রজাশিংদা মরম নিয়ম চুম্না লাওথোক্তুনা প্রজা মীয়াম্সু ভাব তাহনগদবা লম্বী অদুসু থিংজিনখি। মতুংদদি নমথনবা হোৎনরকপদু প্রজা মীয়াম্না থুগায়খি; সহরদা লৱাই-খরাইদা মীয়াম পুন্না পুন্না তিনবা হৌখি; পুলিস অমদি সিপাইশিংগা মুক্রবা হৌখি। বৃটিশ সবকাবগী খুদমনি শক্তমনি হায়না প্রজা মীয়াম্না খংনবিবা পুলিস ষ্টেসন; ডাঘব, রেলওয়ে ষ্টেসন প্রজাশিংনা থুগায়খি; টেলিগ্রাফ টেলিফোন মবী ককথৎলমই। খুৎশু খুৎলাই পায়জদ্রবা লুচিংবা লৈজদ্রবা লৈবাক মীয়াম্না নোংমৈ কাপলিবা পুলিস অমদি সিফাইশিংগা মাইয়োং যানা লাম্বেংনরমই; অফিসকী ওইনা লাওথোরকপা পাও মতুংইন্না মফম ৫৩৮ দা প্রজা মীয়ামগা পুলিস অমদি সিফাইগা থেংনবমই; নেম্না পাইবা এরোপ্লেন্দগী মেচিনগন কাপথরকখি। থা অমা অনি অমদি মদুদগীসু হেন্না শাংথনা লৈবাক অসিগী মফম কয়াদা শিনবা থুংনা অন্দোলন চথরমই; মখোয়সু খর খরা হন্দোকখি লোযননা মফম কয়াদা লেপ্পা হৌখি। হাউস ওফ কম্মন্দা মিষ্টব চার্চিলনা হায়বমই, "সরকারনা খুৎচাও থাদুনা অন্দোলনশিং অদু নৈখায়বমই;" "ঐংনা থাগৎপদা মতিক চাববা লমচৎনা মখোয়গী ওইববা ভারত্তা সরকাবগী থবক তৌরিবা অফিসারশিং লোয়ননা মথৌনা ফববা ভাবতকী দারুগাশিংগী খিং খিং লাওবা অমদি হৌনবা খংলবা মরমচৎপু মহাক্না থাগৎলমই। অসুম হায়নসু মহাক্না মখা তাবমই", "হেন্না চাওনা থোমজিল্লকপা লাম্বী ভাবত য়ৌরকলে; বৃটিশনা পানবা হেক হৌবদগী হৌনা কবিগুম্বা মতমদা অসুক য়াম্বা সাহেব লাম্বী লৈবাক অসিদা লাকখিদ্রি।" ভাবত্তা লৈবা মখুত্তা খুৎলাই পায়দবা শিম্বী লাম্বীগা শোক্লবা লানফম কয়াদা বৃটিশ লাম্বী অমদি ভারতমচা-দারুগাশিংনা লান ঙমলমই; লানহৌরকপশিংবু মখোয়না তকখায়রমই; অদুগা ভারত্তা পানবা বৃটিশকী চৈঙাক ওইনা লৈবা মরুওইবা মকোক ওইবা নিংথৌ পানবা লৈবাক্কী নিংথৌমচাশিংনা অমদি সাহেবকী মখাদা অফিসকী থবক তৌবা কর্ম্মচারিশিনা ফোংনা নত্রগা লোন্না, চথরকলিবা লাল্লোং অসিদা সাহেবপু মতেং পাংলমই।

লৈবাক্কী ইবাং অসি হান্নগুম্না মান্নদনা পাক্লা শন্না লৱাই-খরাই অমদি সহবদা পেন্নদবা মওংদা শন্দোকলকখি। অফিস অমদি সবকাবনা থিংন-থিংনা, প্রোভিন্স পুম্নমক্তা, ভারত্তা লৈবা ষ্টেট অয়াম্বদা, মশিং লাকঙমদ্রবা মীয়াম্না পেন্দবা য়ানিংদবা উত্তুনা অন্দোলন তৌবা হৌবকখি। মফম শিনবা থুংনা মতম খেৎন খেৎননা — নুমিৎ কয়ানিবোম, চয়োল কযামকম মফম কযাদা থা অমা হেন্না হরটাল তৌরমই, দুকান-কৈথেন থোং লোল্লমই, লল্লোন ইতিক পুম্নমক লেপ্লমই। লোয়ন লোয়ননা থবক শুবা শিম্নীশিংসু থবকশুবা লেপ্লমই। জাস্তিগী লুচিংবশিংবু ফাজিনখিবা সরকারগী থৌশিনবু য়ানিংদবা উত্তুনা মকওইবা কল-কারখানা কয়াদা থবক শুবা শিম্নীশিংনা অন্দোলন তৌরমই; নিংথিনা তম্লবা মীয়াম্না নিয়ম অমগী মখাদা মীয়ামগী ওইনা সরকারগী থৌশিলগী মায়োক্তা অন্দোলন তৌরমই। মসিগী মতাংদা খংজিনবা য়াবা অরাবা খুদমদি য়োৎকী অচৌবা কল-কারখানা লৈবা, মকোক ওইবা জমসেডপুর সহরদা থোকখিবা থৌদোক অদুনি; ভারতকী মফম কয়াদগী লাকপা মখুৎ মশা

হৈরবা থবক শুবশিংনা থা-মখাই অমা থবক শুরমদে; কঙ্গ্রেসকী লুচিংবশিংবু থাদোকহন্নবা অর্মদি জাত্তিগী ওইবা সবকাব অমা শেম্নবা ঙম্বমখৈ মখোয়না হোৎনগনি হায়না ব্রাশকলগা মখোয়গী থবক অমুক পাযখৎকনি হায়না মখোয় মশেন য়ানবমই। অহমেদাবাদতা লৈবা ফীবোন শাবগী অচৌবা কলকাবখানাদা শুবা থবকসু ইখং খংহৌদনা পুংলেপ লেপ্লমই লোয়ননা থবক শুফম ফেক্টবি অতৈদসু ত্রেড ইউনিয়ননা হায়বকপা লৈতনা থবক পুংলেপ লেপ্লমই। মীয়ামগী ওইবা, অহমেদ্দাবাদতা তৌবিবা অপুনবা অন্দলোন অদু লেপ্পনবা যাম্না কন্না হোৎন-হোৎননা থিংবা ঙমদদুনা থা অহুম হেন্না ইংনা অন্দলোন চথবমই।

জমসেডপুব অমদি অহমেদ্দাবাদতা মক ওইনা তৌবা অন্দোলন অদু কল কাবখানাগী মপুশিং অর্মদি থবক হাপ্পা কাংবুনা পোৎচৈ অতৈ তাংখৎলকপগা মবি লৈননা থবক শুমন যাম্না পীফম থোকপা মতম ওইবনা থবক শুবা শিন্নীশিংদি যাম্না মাংজবমই লোযননা মসিপুম্বদগী থোবকপা থৌদোক ওইবনা তৌবকলিবা অন্দোলন অদু বাজনিতিগী ওইনসু তৌবমই। শাংলবা মতম অদু মপানলোমদগী ফংফম থোকপা শেনগী মতেং অমতা মখোযনা ফংলমদে। অতৈ অতৈ মফমদদি মতম খবতগী ওইনা হায়বদি নুমিৎ খবনিদগী ওইনা অন্দোলন তৌবমই। ঐহাক্না খংবদি, অতোপ্পা ফীবোন শাবগী অচৌবা কল কাবখানা লৈবা কানপুবদদি কর্মুনিষ্টকী মকোক ওইবশিংনা মাইপাকনা অন্দোলন শৌগৎলি তৌহনবনি হাযনা সবকাবগী অচৌবা অফিসাবশিংনা হায়বমই অদুগা মী শংতৈনসু তঙনা হাযবমই। মসি থোযনা থাজানিংঙাই ওইদে: মবর্মদ অন্দোলনা, থবক হাপলিবা কাংবু অমদি কল কাবখানাগী মপুশিংবু নমদুনা অন্দোলন যাওহনবদা মখোযগী যাম্না মাংজৈ; অদুনা অসুম হাযনা মশাগী কান্নবা মাংহনদ্না মখোযগী তৌফম থোকপা থবক্কী মায়োক্তা অন্দোলন যাওনংলমলোই তৌহান্নংলমলোই হাযনা ঐহাক্না খংই। ভাবতকী নিংতম্নবু কল কাবখানাগী মীওইশিংনা পামই লোয়ননা শৌগৎনি হাযবসি অচুম্বনি, অদুগা ভাবতকী নিংতম্নবু মখোযনা পামইবসি মখোযবু ঙাক শেনবা অচেৎপা ফীবম অমা লৈবা দনকাব ওইবনি। অহোংবা অমা লাকপা লোযননা লালহৌববু মখোয়না থোকহাংদে লোয়ননা সমাজগী ওইবা ফীবমদা মক ওইনা অহোংবা লাকপবু মখোযনা পামদে। ১৯৪২ গী আগষ্ট অমসুং সেপ্টেম্ববদা লৈবাক শিননা থুংনা শন্দোকখ্রবা অর্মদি অবেপ্পা ওইনা থম্মোইদা যেকশ্রবা মীয়াম প্রজাগী অপাম্বা অনিংবা নমহৎখিদ্না, অন্দোলন হৌবকপা মতমদা, পুলিসতা মতেং পীবা অর্মদি মদুদা মপ্পাক্লং লুপশিন্দুনা অন্দোলন হৌবকপা কাংবুবু লার্কশিনবা, দণ্ডি পীনিংবা থবক থৌশিন্দগী নাম্থোক্লবা তৌবা যাওদনবা তৌবা অসি ওইবা যাবা ব্রাফমনি।

তত্তনা হায়নবা ব্রাফম অমনা, চাওব চাওববা কল কাবখানাগী মীওইশিংনা কঙ্গ্রেসশিংদা শেনগী মতেং চাওনা চাওনা পাংলমই হাযবসি বৃটিশ সাহেপশিং অমদি বৃটিশকী পাও শন্দোকপা কাংবুনা অচুম্বনি হায়না লৌবমই। মসি তশেংনমক অচুম্বা নত্তে; চহি কযামকম ঐহাক্না কঙ্গ্রেসকী জেনারেল সেক্রেটাব অমদি প্রসিডেন্ট ওইবকপনা ব্রাফম অসি ঐহাক্না নুন্না খংফম থোকপনি। খুঙ্গংগী খুৎসা হৈব থবক, শোক্ল-পন্নবা য়াদবা লৈবম্বদু উথাযবা, শুহক্তুনা থম্নবা অতোনবা কাংবুবু চাওখৎহন্নবা লাক্লবা তৌহনখিদবনা, হাক্লা কন্না অন্দোলন তৌখিদে। অদুগা সবকাবগী ওইবা (সবকাবনা চলাইবা) বেলরোশিংগীদি মীযামগী ওইবা, চপচানা হায়বা যাবা অন্দোলন, থবক লেপ্পনাচিংবা তৌখিদে। কবিগুম্নদা ওৎনৈববা মতাংদতা অদুক যাদদ্না থোকপদু মঙাই; মসিমক খন্নবা যাবা ব্রাফমনি।

লাইবিক মতম্না শেংদোক্তুনা ফগৎহনবনচিংবা গান্ধিনা পায়কৎলকপা সমাজ সংস্কাবগী অকনবা থবক্তা মবক মবক্তা কল কাবখানাগী মীওই খবতনা লোনগী মতেং খবমখৈদি পীবমই। অদুগা কঙ্গ্রেসনা পায়খৎলকপা বাজনীতিগী থবক্তগীদি মখোযনা যানিংদবা উক্তুনা যাম্না হৈ-শিংনা নাম্থোক্লবা লাক্লবমই, যাওবমদে; সবকাবগা খন্নবা মতমদদি লাযবদুনা কবিসু তৌনদবা মতম ফাওবদা মখোযনা লৈথোক্তুনা লৈবমই। কবি কবিগুম্বদা মখোয়দা মীনুংশি পোক্লক্লবসু খ্বাইদগী জ্ঞান হেন্না তাববা, মপুং ফানা চাওখৎলবা মীগুন্না মখোযনা অহানবদা মখোযগী খুবম ফীবম চেৎহননিংবনা মখোযগী পামজবা থাজবা ওইবমই। অচৌবা মেম্বব ওইহন্দুনা চান্দা (শেনখায) চাওনা অমদি দান চাওনা লৌবনা কঙ্গ্রেসকী থবক ওইনা চথবমই। হায়বিবা থবক পুম্নমক অসি মশা মশানা যানা পাম্না তৌজবা ঙাক্লি; মদুগীদমক অন্নামন পীবা নত্তে। কবিগুম্বদা

অচৌবা সহবদা লল্লোনবা কাংবুনা মতেং খব খবমখৈদি পাংলমই। মসি তৌদবা হায়ববু ১৯৩৭ কী জেনবেল ইলেক্সনতদনি; মতম অদুদদি অচৌবা কল কাবখানাগী মীওইশিংনা সেণ্ট্রেল ইলেক্সন ফণ্ডদা শেনগী তেংবাং পীনবমই। ঐখোয়না পায়খৎলকইবা থবক্কী মতা য়েংউববদি হায়বিবা ফণ্ড অসিমক কবিসু লৈতবনি মতিক মপা চাবা নত্তে (ফণ্ড অদু করিসু ওইদে)। চহি কুনমগুা (সেঞ্চুবি অমগী মবি থোকপগী অমবোম) অসিদা হায়বদি তত্তনা থোবকপা বাজনিতিগী অকনবা থবক লোয়ননা সবকাবগা হেক হেক হাকথেংননা চথবকপা চহি কুনমগুাবোম অসিদা শেন কবিমত্তা য়াওদনা ঐখোয়না লেপ্পা লৈতনা বাজনিতিগী থবক পাযখৎলকপা অসি নোংচুপ হাবমগী মীওইশিংদদি (সাহেবশিংদনি) য়াম্না গুক্না থোক্লমই অদুগা মখোয়না থাজনিংঙাইসু ওইদে। ঐহাক্না ইশানা মুন্না খংলবা, থবক কন্না পায়খৎপা অদুগা নিংথিনা শেম শারবা প্রোভিন্সশিংগী মনুংদা অথোয়বা অমা ওইববা ইউনাইটেড প্রোভিন্সতদি ঐখোয়না তৌবা অদুক চাওরবা থবক অদু পাংথোকপদা ঐখোয়গী মেম্ববশিংনা শিকি অমতনি চান্দা তৌনবন্না। ট্রেড ইউনিয়ননা হায়ব্রকপা লৈতনা থবক পুংলেপ লেপ্লমই। মীয়ামগী ওইবা, অহমেদ্দাবাদতা তৌবিবা অপুনবা অন্দোলন অদু লেপ্পবা য়াম্না কন্না হোৎন-হোৎননা থিংবা গুমদ্রদুনা থা অহুম হেয়া ইংনা অন্দোলন চথবমই। পোৎচৈ অতৈ তাংখৎলকপাগ মবি লৈননা থবক শুমন য়াম্না পীফম থোকপা মতম ওইবনা থবকশুবা শিপ্পীশিংদি য়াম্না মাংজবমই লোয়ননা মণিপুস্বদগী থোবকপা থৌদোক ওইবনা হৌরকলিবা অন্দোলন অদু বাজনিতিগী ওইনসু তৌবমই। শাংলবা মতম অদু মপানলোমদগী ফংফম থোকপা শেনগী মতেং অমতা মখোয়না ফংলমদে। অতৈ অতৈ মফমদদি মতম খবতগী ওইনা হায়বদি নুমিৎ খবনিদগী ওইনা অন্দোলন তৌবমই। ঐহাক্না খংবদি, অতোপ্পা ফীবোন শাবগী অচৌবা কল কাবখানা লৈবা কানপুবদদি কমুনিষ্টকী মকোক ওইবশিংনা মাইপাকনা অন্দোলন তৌহনখিদবনা, হাক্না কন্না অন্দোলন তৌখিদে। অদুগা সবকাবগী ওইবা (সবকাবনা চলাইবা) বেলৱেশিংগীদি মীয়ামগী ওইবা, চপচাবা হাযবা য়াবা অন্দোলন, থবক লেপ্পনচিংবা তৌখিদে কবিগুম্বদা ওৎ নৈববা মতাংদতা অদুক য়াদদুনা থোকপদু মগুাই; মসিমক খন্নবা য়াবা ৱাফমনি।

প্রোভিন্স ময়ামগী মনুংদা পঞ্জাবতনি খবা সাফবা, অন্দোলন কন্না তৌদবা, অদুবু মফম অদুদসু হর্তাল (মৈ মুখৎপা) অমদি থবক লেপ্পমখৈদি তৌদবা নত্তে। মুশলমানতনা মপুং ওইনা লৈববা অৱাং নোংচুপ গুমখৈগী লমদদি (প্রোভিন্সতনি) খ্বাইগা ইমান মায়দবা তোপ তোপ্পা মওং চথবমই। অহৌবা ওইনা হায়ববদা অতৈ অতৈ প্রোভিন্সশিংদা তৌবগুম্না মফম অসিদা অফা অপুন থোক্তে অমদি সবকাবগা নুংঙাইনদবা কবিমতা লৈবমদে (সবকাবনা নুংঙাইতবা কবিমতা পোক্লমদে)। গুমখৈগী লমদা লৈবিবা মীশিং অসি য়াম্না শাথিবা কাংবুনি হায়না খনবনা মসিগী মবম ওইবন্না যাই র্মসিদসু নত্তনা ভাবত জাত্তিগী ইহৌ অসিদা মুশলমানশিংদি কবিমতা য়াওদে হায়না উৎনিংবা সবকাবগী পোলিসি অমা ওইবসু য়াই। অদুবু ভাবতকী অতৈ মফমশিংদা থোকইবা থৌদোক্কী পাওনা গুমখৈগী লমদমশিংদা য়ৌবক্রবদা বৃটিশকী অগুম্বশিংবু মুক্রবা ওইনা মশীং লাকগুমদ্রবা অন্দোলন অমদি লান্দাবগী মওংদা মুক্রবা কয়া থোবকখি। সভা যাত্রা চৎলিবশিং অদুদা নোংমৈ কাপশিনখি, প্রজাগী ইহৌ অদু নমথনবা লৌখৎপা য়াবা উপায কয়া লৌখৎখি। মী লিশিং কয়া ফাজিনখি, (খ্বাইনা অব্দুল গাফব খান হাযনা খংনববা) পঠানগী মকোক ওইবা লুচিংবা বাদসাহ খানবু পুলিসনা ফুদুনা মহাক শাথিনা শোকখি। মসিমক অতম্না শিংনবনি; অদুম ওইনমক য়াম্না গুকপদি অব্দুল গফব খান্না লমদুদা লৈবা প্রজাশিংবু অসুক্কী মতিক নিংথিজনা থকসি খাসি নাইবা তাম্বীবমই; মদুনা মবম ওইদুনা লৈবাক অসিগী মফম কয়াদা থোকখিবা অদুগুম্না মহাক্কী লমদা হিংশাগী ওইবা ওৎপা নৈবা থোকখিদে।

ইখং খংহৌদনা, মথোং মবম খংদনা চৎলকপা সভা যাত্রা লোয়ননা প্রজাগী ওইনা হৌবকপা ইহৌনা খ্বাইদগী কনবা যৈনশুনবা অমদি মাং তাকহনবা থোবকপনা লেপ্পা লৈবক্রবদা মপাঙ্গল কল্লবা খুৎলাই পাইবা লাম্নীশিং মকোক ঙাওহল্লমই লোয়ননা মখোয়গী থম্মোইদা থুক লাওবা পোকলমই। লুচিংবশিংবু ফাদ্রিঙৈদগী হৌনা অসিগুম্বা ৱাখল অসি প্রজা মীয়ামগী থম্মোইদা পোকলমই; লোয়ন লোয়ননা মীফা মীপুন হৌবকপা অমদি তোইনা নোংমৈ কাপলকপনা প্রজা মীয়াম্বু অমুক্কা হেন্না শাওহল্লমই। মতম খবদি মফম মবাং খংদনা লৈনবমই কবি তৌগদগে হায়বা খংনবমদে। লমজিংবীবা লৈবমদে প্রোগ্রামসু লৈবমদে। মখোযবু লমজিংবীনবা কবি তৌবা তাবগে তাকপীনবা অখং-অহৈ লুচিংবা কনা অমতা লৈবমদে; অদুম ওইনমক মীযাম পূম্নমক ইবাং লাংলমই, শাওখিবনা তুমিন্না লৈথোকপা গুম্লবমদে। অসিগুম্বা ফীবমদা তত্তনা হৌবকপনা লম লমগী ওইবা লুচিংবা চোংথোক্রবক্রে; মতমদুদগী হৌদুনা মখোয়গী মতুং ইনবা হৌনবকখি। লুচিংবশিং অদুনা নিংথিনা লমজিংবা

ঙমলমদে; অমবোমদা প্রজা মীয়ামদি লেপ্পুনা হেনগৎলকখি। ১৯৪২ দা ইংনা অমদি শাওনা হৌনবকপা ইহৌদা মকওইবা শকক ভারত শিনবা থুংনা নহাবোন্না মকওইনা বিশ্ববিদ্যালয়গী ছাত্রসিংনা লৌখৎলমই। বিশ্ববিদ্যালয় কয়া অমদি ছুটি থাদোকলমই। লম লমগী ওইবা লুচিংবা কয়ানা ইংনা শান্তি ওইনা থবক পায়খৎনবা হোৎনরমই লোয়ননা প্রজাগী ওইবা মতেং সবকাবদা পীদনবা হোৎনবমই; অদু মতমদুদা থোকলম্বা ইবাং অদুনা কনমনখিবনা হায়বিবশিং অসি পাংথোকপদা ব্রানা লুনা থোক্লমই। চহি কুনলোম মীপুম খুদিংনা তানববা খংনববা অহিংসাগী পাওতাক মীয়াম্না কাওনবমই; হাৎন-শুনবা, খুৎ থোক্লবা থোক্তনবগীদমক ব্রাখলনা নত্রগা অতোপ্পা উপায়না অহিংসাগী পাম্বে শীজিন্ননবা মখোয়না কবিমতা হোৎনদে। অহিংসাগী নিতি নিয়ম কয়া অমদি মদুগী কান্নবদু মীয়াম্না থাজদবা চিংনবা ওইনা তৌবমই; মখোয়না খুৎ হেক্তা থোক্লবমই। কঙ্গ্রেসনা কঙ্গ্রেসকী চৎনবী নিতি নিয়ম কাওথোকখিদুনা হান্নগুম্না খুৎ থোক্লবা পাওতাক পীবন্নবদি থোকইবা হাৎন শুনবগী থৌদোক অসি শকক চাম্মা হেনগৎলমগনি হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে।

তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা পাওতাক অমতা পীখিদে, অন্দোলন্নচিংবা থবক পায়খৎলকপদা অহিংসাগী নিতি নিয়মগী কান্নবদু হন্না হন্না কনখৎহনবনা কঙ্গ্রেসকী অবোযবা পাওজেন ওইবমই। অদুম ওইনমক অচুম্বা থবক অদুনা প্রজা মীয়ামগী ব্রাখলদা থাজবা পোকহল্লমই। ঐখোয়না হায়খিবগুম্না যেক্লবনা লান্দাবকপগী মায়োক্তা খুৎলায় পায়দুনা ঙাকথোকপনা তৌফম থোকপা আইন অমসুং চৎনবী ওইবগা হৌজিকমক লম লৌশিল্লকলিবা অমদি চত্থবকলিবা মওং কযা অসিদা শীজিন্নদ্রিবা কবিগীনো ? খুৎ থোক্লদবা, লান্দাবা অমসুং ঙাকথোকপবু অমুক্তং কোকহনবদা মদুনা খন্নবমদবা মহৈ পুবকই; অনিসিগী অশেংবা খেননবদু মী অয়াম্বদা খংবদা লাইনা থোকলোয। অবোয়বা খুৎথা য়ৌনা খুৎ থোকনবা অসি পৃথিবী পুম্বদা চৎনবর্কলি; লোয়ননা লোয়বা নাইদ্রবা প্রোপোগণ্ডানা মসিবু শৌগৎলি। মতুংদদি মসি ব্রাখলগী অবেপ্পা অমদি মবম চাবা ব্রাহং অমা ওইবক্লি। খুৎ থোক্লকবদগী নিংঙাইবা লৈতনা অব্রাবা তাবা অমদি অহিংসাবু শুকথা থাজদবা মীওই কয়া কঙ্গ্রেসকী মনুং অমসুং মপান্দা য়াওবমই।

ঙহাক্কী ওইনা থোকপা ইহৌদা শুকখন খন্দবা মী কয়া'মসু লৈবমই, মতম কুইনা ফুমবংননা লৈবকলবা নিংবা থুংদবগী ব্রাখলনা মখোয়বু ইনর্শিল্লি লোযননা মাংজিন থান্না থোকহল্লি। ১৮৫৭ তা থোকখিবা অচৌবা লাল্লৌ অদুগী তুংদা অহানবা ওইনা মশীং লাকঙমদ্রবা মীয়াম্না, ভাবত্তা চৎলিবা বৃটিশকী নিয়মগী তাং কয়াবু খুৎথোক্লা (খুৎশু খুৎলাইদি পাযদনা) মপাঙ্গলনা শিংনবা হৌনবকখি। নিংথিনা নিয়ম নাইনা তম্বীববা খুৎলাই পায়বা লাম্নীগী মায়োক যানা মাইকৈ অমদা লৈবানা অপংবা খুদোংচাবা পুম্বা মাংহনবা ওইগনি। অদুগা ইতিহাসতা মহৌসা লৈবম্বা মশীং ফনা য়াম্না য়াম্নবসু খুৎ থোক্লবা তাববদি লাম্নীশিংবু ঙম্বা ওইথোক্তে। খুৎলায় পাযবা লাম্নীশিংনা সাহেবশিংগী হায়বা ইনবা ওইনা লৈবিবমখৈ হাযবদি মখোযগা ব্রাখল হোংদ্রিবমখৈ, মাইথিগদবতনি। প্রজা মীযাম্না মখোয মশামক নিংথিনা নিযম নাইনা শেম শাদে লোয়ননা তান চাবা মতম মখোযনা যেংদে। মসি মখোয়না ভাব তাদবনি অদুগা তৌকবিবা থবক অদুগী তুংদা ওইবক্কদৌবিবা ফল মহৈ অদু খংদবনি; মসি মখোয়না খম্বুবা ব্রাৎপা অমদি মখোযবু লান্না লমজিংবীবনি; ভাবতনা নিংতম্ববু পাম্না, মীবৈবাক্কী মীনা খুদুম চনবতবু তুক্কচবা, অসিতনি মখোয়না (প্রজানা) উৎলিবদি।

মতম খবতগী ওইনা অহিংসাগী নিতি নিয়ম অসি তম্বীবদা (লুনা থোক্লনা) মতম শাংনা চংবা তাববসু মসিবু তমলুববা প্রজাশিং থবক ওইনা চত্থবকপদা য়াম্না মকওইবা লোযননা নিংলিবা ফল অদুমক ফংই। শাওনিংবা খুৎ থোকনিংবা ব্রাখল পোল্লক্লবা ফাওবদা, জাত্তি কাংলুপ তিন্নদবগী ব্রাখল মাংলকই খল্লক্তে, পুম্নমক অমতা ওইনা লৌববদা মাযোক্লবিবা মীশিংদা অশোক অপন থোক্তনবা, মীয়াম্না (অহিংসা চৎলিবা মীযাম্না) অহিংশাবু মথৌমক ওইনা চেৎনা খন্ননবা হোৎনবমই। লম্বী থোং থদৎপা সবকাবগী ওইবা মাল-চাং পুম্বা মাংহন তাকহনবা ফনা য়াম্না থোক্লবসু থোকইবশিং অসিগী মনুংদা মীওইবগী পুন্সি মাংহন্দনবা চেকশিনবা যাবমখৈ চেকশিল্লি। মতম পুম্নমক্তা মসি ওইথোকপা ওইদে; অদুবু মতম লৈবখিবিক্তদি হোৎনৈ; মসি মকওইনা পুলিস অমদি খুৎলায় পাযবা লাম্নীশিংগা মায়োক্লদুনা খৎনবদা ওইগল্লি। অফিসনা পীবা পাও মতুংইন্না অমদি ইশামক্লা খংবতদসু, ভাবত শিনবা থুংনা থোকখিবা অন্দোলন্দা প্রজা মীযাম্না মী চামবোম হাৎখি। পুলিসকা মায়োক্লদুনা

খৎনখিবা অমদি ইবাং থোকখিবা পাকশন্নবা মফম অমদি মফমশিং অদুগী পাকচাওবা য়েংলুবগদি হায়রিবা শিখিবগী মশীং অসি য়াম্মু যাম্মদ্দে। তোপ তোপ্পা খ্বাইগা মান্নদবা তমথীববা অৱাবা থৌদোক অমদি বিহাবগী মনুং চনবা মফম অমদা প্রজা মীযাম্মা কানাডাগী এবোপ্লেন থৌবা মীওই অনি হাৎখিবা অদুনি। অদুগা চুম্মা হায়বা তাববদা, জাৎ-কাংলুপ তোঙান তোঙানবগী ৱাখল পোল্লদবা অসিমক শিংথানবা য়াবনি।

থৌদোক অসিমক উৎপা মতাং অমা ক্লাইভ ব্রান্সনগী চিঠি ওইনা ইবা British Soldier looks at India কৌবা লাইবিক্তা বিপোর্ট তৌবা ওইনা ইদুনা য়াওবি। ব্রান্সন মশামক কলাকার অমনি অদুগা কমুনিষ্টনি। স্পেন্দা ইন্টবনেশনেল ব্রিগেডতা মহাক থবক তৌবমই; ১৯৪১ দা বোয়েল আর্মবড কোর্প্সতা যাওখি; মহাক সার্জ্জন ওইখি। ১৯৪২ দা মহাক্কা যাওবিবা বেজিমেন্ট অদু ভাবত্তা থাবা মতমদা মহাক ভাবত্তা লাকখি। ১৯৪৪ ফেব্রুওয়াবিদা বর্ম্মাগী মনুং চনবা অবাকাণ্ডা লান শোক্লবদা মহাক শিখি। কঙ্গ্রেস লুচিংবশিংবু ফাববা মতুংদা, ১৯৪২ আগষ্টতা মহাক বম্বেদা লৈবমই; মতম অদু বম্বেদা মীপুম খুদিং শাওবনা মৈ হৌবগা লোযননা অনিংবা-অপাম্বা ৱাখলনা খুদুম চনবা মতমনি; মসিনা মবম ওইদুনা মী কয়া'মা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। ব্রান্সন্না অসুম্মা হাযবমই হায়না বিপোর্ট তৌই, "নখোযনা চেল্লিবা পুকচেল অসি মরৈবাক নিংবা-নুংশিবগী কযাদা শেংখ্রবা পুকচেন্নো ' কমুনিষ্ট পার্টিগী অফিস তাবা লম্গী অদু ঐহাক্না মীয়ামদা হংলমই। ঐহাক সিফাইগী পোৎশাক শেৎলি। ঐগুম্না পোৎশাক শেৎপা মী কয়ানা মখুত্তা খুৎলায় পাযদবা ভাবতমচাশিংবু কাপ্পুনা হাৎলি, মীওইবগী ৎৎন থানবা যাদ্রবা মীনুংশিনা ঐহাক পুক্লিংদা নুংঙাইতবা নুংশিবা পোকই। ঐহাক কবম তৌসিগে খনবদা ইতোমতা ঙকচানবমই, ঐহাক্না হংলুবা মী খুদিংমক্না ঐগী ইতেং পার্নিংবনা লাংতক্লবমই – কনা'মতনা ঐবু ইকাইবা পীগে নএগা লান্না লমজিংগে হোৎনবমদে।

১৯৪২ দা থোকখিবা অন্দোলন্দা পুলিস অমদি সিফাইনা নোংমৈ কাপ্পদা শোকখিবা অমদি শিখিবগী চাওবাকপা অফিসকী ওইনা পীবা হিংসাপতা ১,০২৮ বুনা হাৎখি অদুগা ১,২০০ না শোকখি। হায়বিবা মশীং অসিমক তশেংনা যাম্মা তাবিবনি; অফিসকী ওইনা পীবা পাওদা, যামদ্রবদা মফম (থৌদোক) ৫৩৮ দা অসিগুম্না নোংমৈ কাপ্পসি থোকখি, মসিদসু নত্তনা পুলিস অমদি সিফাইনা চেল্লিবা গাড়ীদা তোংনা তোংনা প্রজা মীয়ামদা ইতৎতত্তনা নোংমৈ কাপই। চাওবাক্না চুন্নবা অচুম্বা মশীং পীবদা যাম্না লুনা থোক্লমই। লৈবাক প্রজানা হায়নবমক্তি মী ২৫,০০০ বোম শিখি হায; মসিমকসু হাযমনবা ওইনা থোকই। শিখ্রিবা অসি চাওবাক্না ১০,০০০ বোমদি ওইবা য়াই।

তোপ তোপ্পা থৌদোক অমনা, মফম কয়াদা লৌৱাই থৌৱাই অমদি সহবদা বৃটিশ সবকাবগী থবক লেপ্পমই; তত্তনা হায়নবা মতুংইগা, মসিবু অমুক হন্না হঞ্জিহনবদা অমদি লাকশিনবদা নুমিৎ কয়ানিমকম, কবিগুম্বদা, চয়োন কয়ানিমকম চংলমই। মকওইনা, বিহাবদা, বেঙ্গলগী মনুং চনবা মিডনাপুব দিষ্ট্রিক্টতা অমসুং ইউনাইটেড প্রোভিন্সকী অৱাং নোংপোক থংবা ডিষ্ট্রিক্টতা মসি থোকলমই। তোঙান্না শেম্না তোপ-তোপ্পা ত্রিবুনেলশিংনা বিচাব কয়ামকম মথং মথং তৌখিবা অদুদগী মী অমনা হেক্তা খংবা যাবা হাযববু, ইউনাইটেড প্রোভিন্সকী মনুং চনবা বালিয়া ডিষ্ট্রিক্ট (অমুক হন্না লাকশিনবা তাবা মফমদা) খুৎ থোক্লখি হাযবগী, অমদি মীযাম প্রজানা কনাগুম্না মীওই অমবু অশোক অপন থোকহনখি হাযবগী কন্না ঙাংনখিবা কবি অমতা লৈখিদে; মসিমক খংজিনবা যাবনি। মফমদুদা থোকখিবা থৌদোক অদুমক চুম্নগী পুলিসনা মায়োক্লবা ঙমখিদে হায়বসি প্রমান্না ফংগ্রবনি। ১৯৪২ হৌবকপদা স্পিসিয়েল আর্ম কোন্সটাবুলাবি (S A C) কৌবা অনৌবা সিফাই কাংবু অমা শেমখি; প্রজা মীয়াম্না সভা যাত্রা চৎলকপা, অন্দোলন তৌবকপা মতমদা থেংননবা, তোপ তোপ্পা মখোয়বু তম্বীবমই। প্রজা মীয়াম্বু লাকশিনবদা অমদি থেংনবদা মখোয়না কান্নববা থৌদাং পুবমই; আবলগুগী ব্লেক এণ্ড টান্সনা তৌবগুম্ননা মখোয়না থবক পাংথোকলমই। মসিগা মবী লৈনবা থৌদোক্তা ভাবতকী লাম্মী শীজিন্নবমদে; তোপ-তোপ্পা কাংলুপ অমদি সম্প্রদায়গা থেংনবতদা মখোযবু শীজিন্নবমই। বৃটিশ লাম্মীবু খবখিৎ নম্না শীজিন্নবমই লোয়ননা গুর্খা লাম্মীবুসু শীজিন্নবমই। ভাবতকী লাম্মী অমদি স্পিসিয়েল পুলিসপুদি মশক খংদবা মীতোপ ওইনা খনবা, মবোন মবি তিন্নদবা লৈবাক অসিগী লাপ্ল-লাপ্লবা শকক্তা কবি কবিগুম্বদা মখোযবু থাবমই।

প্রজা মীয়ামগী ইহৌনা মখা তারকপদা নেমথবা নত্রগা হেনগৎলকপা মশানা তাবনি, অসুম্না ফীবমগী মতুংইন্না সরকারগীসু রিএক্সন লৈবা তাবনি। প্রজা মীয়াম্না খংহৌদনা করিগুম্বা অমদগী হৌরক্লুনা খুৎ থোক্লরকপা অমদি অতৈ মীয়াম্না শান্তি ওইনা অন্দোলন হৌরকপবু নমথবা তাবনি; অদুগা সরকারগী ওইবা লৈঙাক পথাপ ঙাক্লবগীদমক মখোয়না মখোয়গী য়েক্লবনি খনবা কাংবু অদুবুসু লৈহন্দবা তাবনি। অসুক কন্না প্রজা মীয়ামসু হৌহল্লিবসি করিননো হায়বা খংগে অমদি প্রজাগী দাবি অদু থন্নগে য়াগে হায়না নিংলন্নবা নত্রগা য়ানবা অমা পুবকপা গুন্নম্লবা অদু ওইরবদি গুলমান অসি থোক্লমলোয়দবনি অদুগা ভারত্তা থোকইবা ইহৌ অসি য়ানবা অমা পুরকপা লাইরমগদবনি। থোকইবা ইহৌ অসি মখোয়গী শক্তিবু মুক্লবনি হায়না খনবনা ইহৌ অসিবু অমুক্তদা পুংমুং মুথৎনবা সরকারনা চেকশিন্না শেম শারমই। মখোয়না তৌবা য়াবা থবক খন্নদুনা মদু ইহান হান্না খুৎ থানবা মতম ঙায়দুনা লৈরমই; মরৈবাক নুংশিবগী ইহৌদা থবক শুব শিম্নীসিংগী ইহৌদা অমদি লৌমীশিংগী ইহৌদা লুচিং-শরুক য়ারুবা নিপী নিপা লিশিং লিশিংবু মখোয়না কৈশুমশংদা নমশিল্লমই। অকনবা ইহৌগা লোয়নরবা অন্দোলন্না লৈবাক অসিগী মফম পুম্না শিনবা থুংনা য়ৌশিল্লরবদা অন্দোলন তৌরিবশিংবু নমথগনি হায়না হোৎনবা কাংবুনা নিংহল্লমই লোয়নননা মখোয়দা অঙকপা ব্রাখল অমা ফাওরমই; অদুগা ঙহাক্কী ওইনা মফম শিনবা থুংনা নমথনবা পায়খৎলকপা অপুম্বা অরেম্বা তারমই। বৃটিশ সরকারগী য়াথং ঙাইদুনা মখোয়গী শিফাইনচিংবা দরকার লৈবমখৈ অবাংপা লৈতনা লৈরমই; খুৎথোক্লনা নত্রগা অহিংসা ওইনা হৌরকপা অন্দোলন পুম্না নমথনবা তকখায়নবা হোৎনবদা মখোয়না লৈজবা পুম্না থারমই। রাজনিতিগী ওইনসু তৌদবা, সমাজগী অহোংবা অমা পুরক্লবা ওইনসু তৌদবা, অনিংবা, নিংবা-থুংদবা অমগী মখা পোন্না ভারতকী মফম পুম্না শিনবা থুংনা হৌরকপা মীয়ামগী ইহৌনা, অচৌ-অশাং, ইনাক কৈবাক খুনবা, মজাত্তিবু নুংশিবা পাংদবা কাংবু লোয়নননা সরকারনা তৌরকপা থবক্তা অফ-ফত্ত য়েংপা কাংবু পুম্নমকপু কীহল্লমই। হৌরকইবা অন্দোলনবু নমথবা, তকখায়বা, ঙম্বা, য়াবা, সরকারগী ফীবান মমাই চুম্বা মতৌ খজিক উনবকপদা মপুক লেপ্তবা, খুদোংচাবা ঙাইবা মীওইশিংনা বৃটিশ সরকারদা অমুক নপশিল্লকখি লোয়নননা বৃটিশ সরকারবু মথৌনা ফবা মুকললকইবা কাংথুবু তকখায়বা হৌরকখি।

লান হৌরকপগী মপানগী ওইবা অচুম্বা শকক তকখায়দুনা মাংহনবা লোয়নননা মসিগী লেম্ফু ফুক্তোকপা তারমই; মবম অদুনা বৃটিশ সরকারদা মপুংফানা চংজহন্নবগীদমক সরকারগী লৈজবা পাঙ্গল পুম্না থাদুনা মাইকৈ অশোমদা মাই ওনশিনবা তারমই। ভাইসরোয়গী হুকুম অমদি ব্রারেপ মতুংইন্না অহিং নোংশোম্বা আইন শেমলমই তৌইগুম্বসুং আইন অদুগী হৌনবী থবক অদু খজিক্ত ফাওবা চংহনবা ঙমখিদে। বৃটিশ অঙম্বশিংনা পাম্বা নিংবা মতুংইন্না ফেডরেল কোর্ট্ট অমদি হাঈ কোর্টশিংনা তাবা ব্রারেপ জজমেন অদু, পাংথোক্কদৌরিবা কাংবুনা করিমতা থৌশাবীদে অরেম্বা তাই; অমুক ব্রারেপ জজমেনশিং অদু ককথত্তুনা অনৌবা আইন অমুক শেমই। (কোর্ট্টশিংনা মমৈথংদা আইনগী মতুংইন্না অবানবনি হায়না লৌখিবা) তোপ-তোপ্পা (স্পিসিয়েল) ত্রিবুনেল কয়া অমা লিংখৎখি; ত্রিবুনেলশিং অসিনা চুম্নতগী ওইবা নিয়ম, কোর্টগী চৎনবী নিয়ম অমদি মশানা চুমজরবা নিয়ম করিমতা য়াওদনা থবক পায়খৎলমই; মী লিশিং লিশিংবু মতম শাংনা শাংনা কৈশুমশংদা থমজিল্লমই, কয়া অমবুনা হাৎপগী হুকুম পীদুনা হাৎতোক্লমই। পুলিস (অমদি মরুওইনা স্পিসিয়েল আর্ম কোন্সটাবুলেরি) অমসুং অরোনবা সিফাইশিংদা শক্তি হেন্না পীশিল্লমই; মখোয়তনা লৈবাক ঙাকপগী মকওইবা খুৎলায ওইবমই, আইন্না য়াদবা অমদি তমথীরবা থবক কয়া মখোয়না পায়খৎখি, মদুদা অচুম-চুমদা কবিমতা থিঞ্জিনবা তৌদে লোয়নননা কবিমতা থিংদে। অকীবা ফংলবা চাংচত্তা শেঞ্জা থুমজা হেনগৎলকখি। মশীং লাকওমদ্রবা, স্কুল কলেজগী ছাত্রশিংবু তোঙান তোঙানবা মওংদা দণ্ড পীরমই; নহারোল লিশিং কয়াবু লিচৈনা ফুবগী দণ্ড পীরমই। সরকারগী মাইকৈদগী নত্রগা সরকারগীদমক তৌবা নত্রগদি প্রজাগী ওইবা মথল কয়াগী কুম্মৈ ফীয়োং পুম্না থিংজিনখি।

খ্বাইদগী হেন্না শাথিনা অব্রাবা নংখিবা কাংবুদি লবাই থব্রাইদা লৈজবা থম্মোই শেংবা ইচম চমজবা, লাইরবগী চৈনাখোল ফংলবা খুঞ্জাশিংনি। মীরোল কয়ামকম অসি অব্রাবতনা মখোয়গী মশিঙাং ওইরমই; করম্বা মতমদা নুংঙাই য়াইফবগী মতম লাক্কদবগে হায়না মখোয়না মতমদুতবু ঙাইদুনা লৈনখি মদুতবু আশা তৌদুনা হিংদুনা লৈরমই; মসিমক্না মরম ওইদুনা মখোয়গী মরক্তা অন্দোলনগী ইহৌ তত্তনা লাকখি; পংবু পংলবসু নত্রগা লানবু লাম্লবসু নত্রগা চুম্বু চুম্নবসু ভারতকী

নিংতম্নবু মখোয়না থাজে; মতমদুতদা নুংঙাই য়াইফবা মতম লাক্কনি হায়না মখোয়না খঙে। মখোয়না হোৎনজবা পুম্বা অরেম্বা তাখি; পুবা থাংবা ঙমদ্রবা লুমলবা পোৎলুম্না মখোয়গী কোছুরবা লেংবান অমদি শোয়নাইরবা হকচাং থক্তা নম্বখি। খুঙ্গংশিংদা লৈরিবা খুঞ্জা পুম্নমক্কী মথক্তা কেশ লৌখৎখি, মখোয়বু পিদ্রিবা ফাওবা লিঁচৈতনা য়ৈখি। বেঙ্গল সরকারগী মাইকৈদগী অসুম্না হায়খি, "১৯৪২ দা থোকখিবা অকনবা নোংনৈ নুংশিৎ (সাইক্লোন) অদু থোক্লিঙৈ অমদি থোকপ্রবা তুংদা সরকারগী লাম্নীনা কস্ত্রেসকী কেম্প ১৯৩ অমসুং তামলুক অমদি কোণ্টায় সব ডিভিজনশিংদা লৈবা য়ুম পুম্নমক মৈ থাখি।" লমদম অদু নোংলৈ নুংশিৎ অদুনা মাং তাকহনখি অমদি লমহাং ওইহনখি; থৌদোক অদুনা থোকহনখিবা মাং তাকহনবদু সরকারগী পোলিসিদগী থোকহনবগা খেৎনবা করিমতা লৈখিদে।

খুঙ্গং হুপ্না হুপ্না খুঙ্গং কয়াদা পুনিটিভ ফাইন (প্রজানা অন্দোলন হৌবগীদমক জরিমানা) ওইনা শেন চাওনা চাওনা লৌখৎখি। হাউস ওফ কম্মন্দা মিষ্টর অমেরিনা হায়খিবা ৱাফম মতুংইন্না লুপা লাখ মরিফুতরা (পুনিটিভ ফাই ওইনা) খোমগৎপা তাখি; শেনফম অসিগী মনুংদা লুপা লাখ হুম্ফুতরা নিপান লিশিং য়াম্থে খোমগৎখি। চরা হেল্লবা লাইরবশিংদগী অসুক য়াম্বা শেনফম অসি করম্না লৌরিবনো মসি তোপ তোপ্না ৱাফম অমনি; ১৯৪২ অমসুং মতুংদা পুলিসনা নোংমৈ কাপ্না য়ুম মৈ থাবা করিমতা থোকখিদে, মসিনা তাকপদি কবিগুম্না অমতা থোক্তনবা নমদুনা দণ্ডি ওইবা শেন লৌবনা প্রজাশিংদা হায়নিংঙাই লৈতনা অৱাবা পীবনি। জরিমনানি হায়জিন্দুনা শেন খোমগৎপদা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা কয়ামসু লৈরি; শেন খোমগৎনবা লৌখৎলকপা নিতি নিয়মদা কা-হেল্লবা থবক কয়াসু তৌখি।

সরকারনা তৌবা থবক পুম্নমকপু কুপশিন্দুনা প্রজা খংহন্দনা থনম্বা, য়ানবা-শারম্বা অমদি অতৈ কুয়োমশিং অদু মশানা হায়দোকচদুনা তোঙান্না নাকন্দা তারমই। কুয়োম য়াওদ্রবা লাম্না শীজিন্নরম্বা (পুলিস অমদি লাম্নীগী) শক্তি অদু মখোয়না শীজিন্নবা নম্ফগী শক্তি অমদি অঙম্বগী শক্তিগী তৌবা ঙম্বা খুদম ওইনা ময়েক শেংনা থোরকলমই। বৃটিশকী তৌবা ঙম্বা শক্তিবু মহুৎ শিনজিন্নবা ভারত জাত্তিগী (ভাবত প্রজা মীয়ামগী) ওইবা শক্তিনা হোৎনবম্না অহিংশা অমদি হিংশাগী থৌরমশিংবু মতম খরদগী ওইনা তকখাইবদা বৃটিশকী শক্তিনা ঙমদুনা ভারত্তা মখোয়না অথোইবা শক্তি ওইগ্রবনা মখা তানা লোন্না থুপ্পনা থবক পায়খৎপগী থোয়না কান্নবা লৈখিদে। পাঙ্গল অমদি শক্তিতগী ওইবা মতম অসিদা, তৌখিবা কান্নদবা অমদি মতাং চাদবতা ওইনা থোক্রমই। বৃটিশকী খুৎলাই পাইবশিংগী শক্তি অমদি প্রজা মীয়ামগী পুক্রিংদা হাকথেংননা লান শোক্লনিংবগী চরাংনবা লোয়ননা মরৈবাকপু নিংতমহনবদা চংগ্রবা য়াদবা, মথৱাই কৎথোকপা হায়বসিমক পাংথোক্লবা ভাবত মচাশিংনা হোৎনদবনা ভারতনা মাইথিবনি। মরম অসিদগী, মখোয়না ভারত্তা তৌবা লৈবাক ৱায়েনবগী থবক মরা চেৎনা অমুক হন্না শেমগৎলে হায়না বৃটিশনা লৌরমই; অদুবু অমুক হন্না লৈঙাক পথাপ কোমথোকহন্নবা মরম মখোয়না উখিদে।

# তরাশুবা পন্দুপ

## মরিশুবা তাংকক

# মপান লমদা মতমগী ৱাখল

ভারত্তা থোকপা থৌদোক পূম্নমক্তা কুপ্পা য়েংশিনবগী কল্লবা থৌশিল অমা পায়খৎলমই। নিতিগী থোকইবা থৌদোক, ভারতকী খবব পাওচেশিংদা ফোংহল্লমদে; মপান্দা লৈবা অঁতে লৈবাকশিংদা থাবা পাও পুম্বা হান্নদগী হেন্না চেকশিন্না য়েংশিল্লমই। মতম অসিদা অফিসকী ওইবা তোকওাদি অথিংবা লৈতনা শরা-শন্না থারমই; মখোয়না শন্দোকইবা পাওশিংদু মখোয়না হায়নিংবা অরানবা ওাক্তনি। অসিগুম্বা হায়জিনবা ই-পাও পাওজেন্না ইউনাইটেড ষ্টেটস্ ওফ আমেরিকা পুম্বা শিনবা থুংনা ঈশিং ইচাওগুম্না থুমহৎখি; মফমদুদা পীনবকপা, হায়নবকপা প্রজা মীয়ামগী মত অদুবুদি শিংথানরমই; অদুগা লৈবাক অসিদা শেরান্নবা পাও শন্দোক্লবা প্রজাগী ৱাখল ফৈনা পুনবা সাহেব অমদি ভারত মচা ৱা ওাংবা হৈবা মীওই চামা চামা থাদোকলমই।

হায়রিবা অবানবা পাওজেন অসিদসু নত্তনা মসিগী মথক্তা লাঞ্জাওগী মিপায়নদুনা অমদি নংলক্তুনা অৱাবা তাবক্লবা কাংবু মরুওইবা ভাবত্তা ঈরাং থোবকপদা খুদোংথীবা নংলবা কাংবুনা ভারতমচাশিংবু নুংশিদনবা হোৎনবা অসিমক ইংলণ্ডদা মশানা তৌফম থোকপনি। নাকন অমত য়েংবা (মখোয়গীত খনবা) হায়জিনবা পাওজেন্না হায়খিবা অসিদা অমুক্তা অথোম্নহল্লি; মসিদগীসু হেন্দোক্তুনা অচুম্বা চৎচবা বৃটিশ প্রজা কয়াবু ফাদুনা কৈশুমশংদা নমশিল্লি। পৃথিবীদা লৈরিবা মীশিংনা খল্লিবা অদুবু খংজিন্নদবনা মখোয়গী মপাঙ্গল ওইবি; অসিগুম্বা মপাঙ্গল অসি শীজিন্নদুনা মখোয় মশাগীদ ওইবা থবকপু অচুম্বনি হায়না লৌবি; অচুম্বা চৎচবা বৃটিশকী মীওইশিংগী অচুম্বা ৱাখল অমদি থবকপু খংবা উবা ওমদবা কাংবুগী অরানবা ৱাখল অদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা অসিগুম্বা বৃটিশ প্রজা কয়াবু মবান শিবি। বৃটিশ লাম্মী অমদি পুলিসশিংবু শেরান্নবা লমজিংলম্বা ভাবত্তা লৈবা কাংবুবু তকখায়ববদা মাইপাক্লবা বৃটিশ লাম্মী অমদি পুলিসশিংনা অসিগুম্বা অচুম্বা অসিবু অচুম্বনি হায়না ইনৌ নৌনা হৌজিক্তা খংলকলি। সম্রাজ অসি হৌজিক্ত অচুম্বা মাইকৈদা চংশিল্লকলি; ভারতকা মরী লৈনবা ৱাফমদা মিষ্টব উইন্সন চার্চিলনা লাওথোকই, "বৃটিশ সম্রাজগী অকায় অতোয় মেনশিনবদা ৱাতেম্মবা, ঐহাক অসি নিংথৌগী (ইংলণ্ড-নিংথৌগী) অহানবা মন্ত্রি নত্তে"। মসুম্মতা হায়বদা মহাক্কী প্রজা মীয়ামগী লোয়ননা ইম্পেরিয়েলিজমগী (নিংথৌ পানবা লৈওাক্কী) থবক থৌশিল অমদি নিতি নিয়মবু মহৌশা ফৈ-ফত্তে হায়না লৈনরম্বা মীওই কয়াগী অপান্বা ৱাখলবু চিংনবা লৈতনা পুদনা মীহুৎ ওইখি। নিংথৌ পানবা লমদমগী চৎনবীনা পুনবা কাংলুপকী তুংইনবা নত্তে হায়না উৎপদা খোয়রাংবা পোক্লবা বৃটিশ শিন্মী কাংবুগী (বৃটিশ লেবর পার্টিগী) লুচিংবশিংনা মিষ্টর চার্চিলগী ৱাফমবু শৌগৎলমই লোয়ননা লাঞ্জাওগী মতুংদসু সম্রাজ অসি কায়দনা থমগদবনি হায়না বৃটিশকী প্রজাশিংনা লৌখিবা ৱারেপ্পু কন্না শৌগৎখি।

লৈওাক শাসন পায়রিবা বৃটিশ কাংবুনা তৌবিবা অসিদা অমেবিকাদা লৈবিবা মীশিংনা চপ মান্ননা অমতা ওইনা থাজদবনা, মরম ওইদুনা ভারতকী লুববা ৱাফম খন্নবদা মথৱাই য়াওরবা আমেরিকাদা লৈবা মীশিংগী মত মান্নরমদে; লোয়ননা অতোপ্পা মী অঁতৈগী সম্রাজগী মথক্তা য়ানিংদবা মিৎয়েংনা য়েংলমই। ভারতকা য়ায়বা অমা পুরক্লবা, অমদি জাপানগী মায়োক্তা লান তৌবদা ভারত্তা লৈজবা মখৈ শীজিন্নবা মখোয়না খোয়রাংলমই। মখোয়দগী ওইনা নাকন নামতা খনবা শাথিরবা প্রোপেগণ্ডা অদুগী ফল তশেংনা লাক্লমই। মখোয়না লৌখৎপা ভারতকী ৱাফম অসি কা হেন্না লুমনপ্রে হায়না মখোয়না লৌরমই অদুগা মখোয়না বৃটিশকা খুৎশম্নদুনা মকপ শান্নবগী ৱাফমদা চংশিনবদসু মখোয়দা খরা লুনা থোকলমই।

রসিয়াদা লৈবা শক্তি পায়বা নত্রগা সাধারণ মীওইশিংনা ভারতকী মরমদা করি খন্নখিবগে হায়বদু হায়রুদুনা কান্নদে। অকনবা লান শোক্লনবা হোৎনবদা, মরৈবাক্তগী লান্দারকপা কাংবু তাম্বোক্লবা হোৎনবদা, হৌজিক হৌজিকম মখোয়গা মরী লৈনদবা হীবম কয়া খন্ন-নৈনবদা, মখোয় ওম্বোক্লা থবক চিন্নমই। তুংদা ওইরক্কদবা মরম খন্নবদা মখোয় য়াম্না হৈনবমই; এশিয়াগী মনুং চন্না লৈবা মখোয়গী ওর্মখৈগা ইশম শম্বনা লৈরবা ভারতকী মরমসু মখোয়না থৌশাদবা নত্তে। লৈবাক অমা লৈবগী তঙাইফদনা চংদবা য়াদবা লোয়ননা ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ গী রাজনিতি অমসুং অর্থনিতিগী মপাঙ্গল হেন্না কনখৎহন্নবগী হীরম নত্তনা মখোয়গী (ইউ এস এস আরগী) তুংগী পোলিসি করিনো হায়বা কনা'মতনা হায়বা ওমদে। ভারতকা মবী লৈনবা পুম্বা মখোয়না য়াম্না চেকশিন্না লাপথোক্লবা তৌরমই; অদুম্নদি ওইবগা ১৯৪২ নবেম্বরদা সোভিয়েৎ রিভোলুসনগী ২৫ শুবা কুমওন পাংথোকপা মতমদা ষ্টেলিন্না মখোয়গী সাধারণ পোলিসি অদু অসুম্না লাওথোকখি :– "কাংলুপ নায়বা মুখৎকদবনি; জাত্তি পুম্বা মাগী মাগী লৈজরিবা চাংদা মান্ননা লৈগদবনি; মাগী মাগী লৈবাক হেন্দোক হেঞ্জিন তৌদনা কায়দনা লৈগদবনি; মীনাই ওইরবা জাত্তি মনিং মখা তমহনগদবনি; মশা মশানা লৈঙাকচবা ওন্বা চাংদা শাসনগী শক্তি লৈহনগদবনি; মানা মানা নিংবা মতুংইন্না জাত্তি খুদিংমক্লা মশা মশাগী থৌদাং পাংথোকচবা ওন্বা স্বত লৈগদবনি; অব্বাবা তারবা জাত্তিদা শেনগী মতেং পীগনি; মশাগী চাওখৎ থৌরাং পায়খৎলকপদা দরকার ওইবা মতেং ফংহনগদবনি; ডেমোক্রেসিগী নিংতম্বা হঞ্জিনহনগদবনি; হিটলারগুম্না শন্দোরকপা রাজ্য থুগায়গদবনি।"

ঐখোয়গী ওইবা তোপ তোম্বা থবক খুদিংমক্তা, চিনাদা লৈবা মীশিংনা হেক তৌরকইবমখৈ, লোয়ননা মখোয়না য়ানিংবা উৎলকইবা মখৈ, ভারতকী নিংতম্বা ফংনবগী ওাক ওইনা তৌই মসিমক অচুম্বা ওাক্লি। মখোয়না উৎলকইবা মীনুংশি অসিমক ইতিহাসকী ওইবা মরূ লৈরিবনি; অদুগা মসিদগী হেন্দোক থোয়দোকপা মরম অমনা, ভারতনা নিংতমদ্রবদি মখোয়গী নিংতম্ববু খুদোংথীহল্লকনি হায়বা অসিসু মখোয়না নিংথিনা খংলমই। মসি চিনাতদা নত্তে; মিডল ইষ্ট, ইজিপ অমসুং এশিয়া শিনবা থুংনা ভারতকী নিংতম্বা অসি মীরৈবাক্কী মীখা পোনবা লৈবাক অমদি প্রজাশিংগী হেন্না নিংতম্বা ফংনবগী খুদম অমনি হায়না লৌনরমই; অদুদসু নত্তনা মতম অদুমক্কী ওইবা চাংয়েং অমনি, লোয়ননা তুংদা ওইরক্কদবা অদুগী নাপ-চৈ অমনি হায়না লৌনরমই। মিষ্টর ওয়েন্দেল উইল্‌কিনা মহাক্লা ইবা লাইরিক "য়ান বার্ল্ড" কৌবা লাইরিক্তা হায়রমই, "আফ্রিকাদগী অলাস্কা ফাওবগী মনুংদা লৈবা নিপা নিপী কয়াগা ঐহাক্কা য়া ওাংনবা য়ারি শাবদা এশিয়া শিনবা থুংনা শিম্বোল পান্দম ওইরবা য়াহং, "ভারত কমদৌবা ?" হায়বসি ঐওান্দা তত্তনা হংলমই। কাইরোদগী চৎপদসু য়াহং অসিমক মফম খুদিংদা হংলমই। চিনাদা লৈবা খাইদগী হেন্না শিংলবা মী অমনা ঐওান্দা হায়রমই, "নিংতম্নবগীদমক ভারতনা খল্লিবা অসি তুংদা লাক্কদবা মতমগীদমক নাখৈদুনা থন্নবদি, ফার ইষ্টতা (নোংপোক চিদায়দা) মীওইবনা থিনা ওাংনগদবসি (মীয়াং ফমগদবসি) গ্রেট বৃটেন নত্তে; মসি ইউনাইটেড ষ্টেটসনি।"

লাঞ্জাওগী মিৎ কুপ্নদ্রবা মতমদা, অমদি নোংপোক লমদমদা থোকইবা থৌদোক্কী মতাংদা, কন্না খন্ন নৈনবকপা মতমদা ফাওবা, ভারত্তা থোকইবা থৌদোক্লা পৃথিবী অপুম্ববু ওহাক্ত ওইববসু নমদুনা ভারতলোমদা য়েংশিলহল্লি। এশিয়াদা লৈরিবা লৈবাক খুদিংমক্কী থম্মোই কায়হল্লমই য়াখল চোয়হল্লমই। বৃটিশ রাজ্যগী শক্তি কল্লবা খুৎপায়না মতম খবতা ওইরবসু ভারতবাসিশিংবু উপায় লৈহন্দ্রবসু ভারতনা নিংতমদ্রবদি ভাবত অমদি এশিয়াদা শান্তি শুরুলৈ লৈরোই হায়না ভারতবাসি পুম্বনা উৎলমই।

# তরাশুবা পন্দুপ

## মঙাশুবা তাংকক

## ভারত্তা কৈনিংচিং

চাওখৎলবা জাত্তি অমবু শাসন তৌবদা শাসন তৌবিবা মীবৈবাক্কী নিয়মদা (লৈঙাকলোন্দা) খুদোংচাদবা য়াওবকই লোযননা চথবকইবা শাসনগী খোংচত্তা অকাযবা ফেওঙাল্লকই। খুদোংচাদবশিংগী মনুংদা অমনা, লৈবাক অদুদা লৈবিবা খ্বাইদগী পাম্নদ্রবা কযাদা থাজবা থম্বা তাবনি। ফীদম্নফম ওইববা মীওই, নাপল কাববা মীওই, জ্ঞান তাবনা শিংলবা মীওই, মশাগী ইজ্জৎ ঙাক্লা চৎঢবা মীওই, নিংখা তম্বা ফংনবগীদমক চপ চানা চেকশিঞ্জববা মীওই, হাযবিবা মীওইশিং অসিনা মখোযবু মীবৈবাক্কী শক্তি মখাদা নমদুনা মীখা পোলহনবা লাক্লবকপা লোযননা নমথনবা লাক্লবকপদা, কন্না মাইবোং যাবকই; মখোযনা তোঙান তাবকই নত্রগা মুক্লবকই। নিং তম্না লৈবাক অমদা লৈফম থোকপা মশীং চাংদগী হেন্না থবক তৌবা মীগী অমদি চাওজনিংবনা খুদোংচাবা লৌনিংবা মীগী মশীং হেনগৎলকই। নিংথৌগী শাসন মখাদা নিং তম্না ওইনা লৈবা লৈবা ঙ্গা জ্ঞান তাবা মীওই কযানা শাসন্দা সহযোগ (মতেং) পীবা ঙমদে; অনৌবা জ্ঞান পুথোক্লবা খুদোংচাবা কবিমতা লৈতে। তঙাইফদনা মশানা শক্তি শীজিন্নববা মকপ শান্নববা সবকাবস্ আসংতম্না খুদোংচাদবশিং অসিদগী অবাবা নংই লোযননা খুদোংচাদবা থোইনা হার্পাচিল্লকই মসি পুন্নগী মর্কাদ মখাযনা থবক তৌবা খুদিংদা য়েংথনবা অমসুং নম হাদুনা তৌবগী ইবাং ইচেন্দ তাওবনি। সবকাব পুবিবা কাংবু অমদি প্রজা অনিনক্তা অর্কাবনা (মহৈ মহৈ কীনবনা) রাখলগী মপুং ওইবকই; মতম অসিদা পুলিস অমসুং অবোনবা থবক তৌবা কাংবুনা খ্বাউদগী মকওইবা থবক পায়বকই লোযননা খুদোংচাবা লৌবকই।

প্রজাগা সবকাবগা অনিনা চান্নানা খৎনবকলনবা মতমদা মীযামদা লৈবিবা পামদ্রবা শকক অদুবু শৌগৎকদ্রা অমদি থাজগদ্রা হাযবসি হানদগী হেন্না কন্না খল্লমই। জ্ঞান লৈববা মীওই কযানা, ফীবম মতমনা যাদদুনা, তশেংনমক সবকাবগী শাসন্দা থবক তৌদুনা লৈথবমই; মসি মখোযনা পামদুনা তৌবব্রা নত্রগ পামদ পামদনা যাদদুনা তৌবিব্রা ? অদুগা সাসন্দা মকোক ওইনা পুবিবা অমদি মক ওইবা থবক পার্যাবিবা মীওইশিংদি মবৈবাক মজাত্তিব নুংশিদ্রবা, মীবৈবাক মচানা খৎলাই ওইনা শীজিন্নববা, মবৈবাক মচাশিংবু চাং তাহনবা অমসুং নৈহৎপা ঙম্লবা মীওই ঙাকনি হাযনা খনগৎলমই। প্রজা মীযামগী অপাম্বা অমদি রাখলগী মাযোক্তা লৈবনা, মশাগী য়েংথিবা অমদি নিংবা কাযবা তত্তনা থোকহল্লবস্ (মতমদুগী) খ্বাইদগী অরাংবা থাক্তি ইকাই খুম্নানিংঙাই ওইবমই। অবাবনা মফম পুম্বা যৌনা শন্দোবক্লবা ফৎত্রবা মতমসিদা ফাদমনিঙাই ওইবা অমদি পুকচেন চাওবা রাখলগী মফম নৌবমদে, অবাংবা থাক্কী ফম্নাইবা অমদি তলব চাওনা চাবতনা মনা মথুম ফংলমই। সবকাববু শৌগৎপা কাংবুগী মতিক চাদ্রবা অমাদ ফৎত্রবা বাখল অমসুং পুকচেলবু থাংবা তাবানি নমদি মাযোক্লবিবা কাংবুবু নৌশাযবতনা মশিঙ্গাং ওইবিবা সবকাববু কন্না শৌগৎতনা খুদিংমক্কী শিংথানিংঙাই ওইবমই। মসিনা সবকাববু, মথোং মনম খংদ্রবা কাংলুপ অমদি নাতৈ পুতি যাম্না চাদ্রবা মীওইশিং তগা লোযনাতল্লমই। শেঙ্গা থুমজা হৈনবা, মীনুংশি খংদবা, থস্মোই কনবা অমদি প্রজাগী নুংঙাই যাইফবব্, মপুংফানা তুংওইনবনা ঙসুম হোঙ্গল্লক্তুনা লৈবাক শিনবা থুংনা গু চাযবমই।*

* স্যাব আর্কিবল বোলেণ্ডসনা সভাপতি ওইবা বেঙ্গল এডমিনিষ্ট্রেটিভ ইনক্কাবি কামটিনা ১৯৪৫ গী .ম থাদা থোকপা মখোয়গী বিপোর্টত্রা অসুম্না হাযবমই, "অসুক্কী মতিক পাক শন্না শেঙ্গা থুমজা শন্দোকলমই, মাইথিবগদনা কাংবুতনা মসিদা শাইদাংই, প্রজাগী লিচৎ শাজৎ অমদি থবক তৌবশিংগী থবক্তা বদনাম তৌবিবা শেঙ্গাথুমজাগী ফৎত্রবা থবক অসি নুথৎনবা খ্বাইদগী কনবা থবক লৌখৎনবা ঐখোযনা খন্নবি।" প্রজা মীযাম্না থোকহনবনি হাযনা মীযামদা সবকাবগী থবক তৌবশিংনা তাইশিনবা অসিগী অচুম্বদু কমিটি অসিনা ঙক্লা অমদি নুংঙাইতনা ফংই। মখোযনা মখাযতমক চাওজানিংই, প্রজা মীযামগী নুংঙাই যাইফবা হেনগৎনবা তৌবগী মহুত্তা মথরাই যাওদ্রবা মেচিন চলাযবদা হেন্না নপাক্লিং চংই, মখোয মশামক প্রজাগী মীনাইনি খন্দে মশানা মশাবু মপুনি হাযনা খাল্ল হাযনাস্ হাযবমই।

সবকাবনা তৌবা থবক অয়াম্বা থিনা য়ানিংদ্রবদি মদুগী হেন্না য়ানিংদবা পোকহনবদি সবকাব অসিবু শৌগৎপা ভাবতমচাশিংনি; মখোয়দি নিংথৌদগী হেন্না নিংথৌ ওইবগী পুকচেল চেল্লি। অসিগুম্বা লমচৎ শাজৎ অসি ভাবতকী প্রজা খুদিংমক্না তুক্কচ্চবা অমসুং মিৎ নাবা পোকই; ডিকীদা লৈবা মী নত্রগা জর্ম্মন জাপান সবকাবগী মখা পোন্না লৈবা লৈবাক্কী মীগা চাংদম্নবা য়াবা মীওইনি হায়না ভাবতমচা খুদিংমক্না লৌই। অসিগুম্বা ৱাখল (তুক্কচবা পোকপা) অসি কঙ্গ্রেসকী মীওইদনা খনবা নত্তে ৱাখল অসি মুসলিম লীগকী মীওইদা নত্তনা অতৈ পার্টিগী মীওই ফাওবনা খল্লমই অদুদগী হেন্দোক্কনা বাজনিতিগী ৱাখল খবা চেনবা মী ফাওবনা ফোংনা হাযরমই। *

লাঞ্জাওনা মখোযবু চপচানা কঙ্খোকলমই; প্রজাগী মাযোক্তা সবকাবনা তৌবা থবকপু লাঞ্জাওনা কুপশিল্লি অমদি তাবদা নুংঙাইহনবা ৱাবীগুম্বা মখোয়না ওইদবা শন্দোক্পা লাঞ্জাওনা কুপশিলহল্লি। 'লেবব মোবেল' (তন্নীববা সিন্নী কাংবু) লিংখৎনবা চেংগুম চোংখৎপগুম লৈববা শিন্নী কাংবুশিংদা শেন পীথবমই; তত্তনা ফোংইবা পাওজেন চে নম্নবা চে ফংনদ্রবা ফাওবদা গান্ধি অমসুং কঙ্গ্রেসপু কবেম কথাযনদুনা ফোংনা পাওজেন চে কয়া থোকহল্লমই অদুগা শেনসু পীবমই। লাঞ্জাওগা মবী লৈনৈ হাযনা নিংবা অফিসকী ওইবা চেফোংফাওবা অসুম্না (কবেম কথাযনবা মওংদা) ফোংলমই। ভাবত সবকাবগী ওইবা প্রোপেগণ্ডা তত্তনা তৌনবা মীবৈবাক্তা পাওলৌফম মফম (ইনফোর্মেসন সেন্টব) কয়ামকম হাংদোকলমই। সেন্ট্রেল এসেমব্লিনা যাদ য়াদনা বৃটিশ সবকাবগী প্রোপেগণ্ডা তৌনবা অমদি মীয়ামগী ফাগি তৌনবা মীপুমথিবা ওইবা মী কাংবু অমদি মীনা মশক খংদবা মী কাংবু সবকাবগী অখন্নবা মীহুৎ ওইনা মকওইনা ইউঃ এসঃ এঃ দা থাবমই। মশাগী ওইবা ৱাবেপ পীবা ঙম্বা অমদি সবকাবগী পোলিসিবু ফৈ-ফত্তে নিংথিনা খংবা মীওইশিংদদি মপাল লমদা (মীবৈবাক্তা) চৎনবগী পাসপোর্ট পীদে অমদি চৎথোক চৎশিনগী খুদোংচাবা ফংহন্দে।

লৈবাক প্রজানা ইংনা তংতানা লৈনবগীদমক সবকাবনা খন্নবা য়াবমখৈ খন্নবি হাযবা মান্ননবা হৌখিবা চহি অনি অসিদা প্লান কযা অমা মখোয়না পুথোকখি। লাম্নীগী মখাদা লৈবা অমদি লাম্নীগী আইন চৎপা লৈবাক্তা তৌবগুম্না বার্জানিতি য়াওবা অমদি সাধাবণ প্রজাগী পুন্সি কবিসু তৌবা ঙমদনা মমি শাম্না লেল্লমই। নমদুনা লাকশিনবগী লাইওং অসিনা অনাবা থোযনা কনশিলহল্লমই লোযননা ভাবত অসি শাথিনা নাবমই। সবকাববু মতেং পাংনবা মতম চুপ্পদা হোৎনবম্না মকোক ওইবা খুনুংগী ভাবতমচাশিংনা, মতম খবদংগী ওইনা মখুন মেনশিল্লবা মৈগী চীংগুম পেন্দবা ৱাখলনা ওমচাকনববা ভাবতকী ফীবম অসি উবদা, মপুক্লিংদা লাংতকনবা পোকলমই; বৃটিশ সবকাববু অসুক থিনা য়ানিংদবোইযে হাযবসি মখোয কবিমতা খংদে হায়না মখোযনা হায়বমই।

চহি অনিসিগী মনুংদা লৈবাক প্রজানা কদায যৌনা ৱাখল হোংবা অমদি কবম্না ৱাখলনা মখোযগী থম্মোই অসুক থিনা শোকহনবগে হায়বা মখোয়গা উন্নদুনা খংদ্রিবা ফাওবা ঐহাক কবিমতা খংদে কবিমতা হায়বা ঙমদে; হন্দক মখোযনা ফংলকপা স্তান্না মখোযবু ঈবম কয়াদা অতোংবা ৱাখল পোকহল্লি হাযবসিদা ঐহাক্কী চিংনবা কবিমতা লৈতে। মতম মতমগী ওইনা ঐহাক্কী ৱাখলদা লাকপা অদু ঐহাক্না কুপ্পা য়েংশিললি; লোযননা থৌদোক কয়াগী তুংইন্ননা লাকপা ফল অদু ঐহাক্না চাং যেংই। ইংলণ্ডদা চৎনবগীদমক মতম কযাগী মমাংদা ওইখিবশিংদু ঐহাক্না হঙ্গৎনা মতম খবা খল্লমই; মবমদি মফম অদুদা

*অতৈ জাত্তিব নমদুনা মাগী মখা পোলহনবদা হৈ শিংলবা হিটলাবনা Main Kampf তা (মেন কেম্পতা লৈবিগৈঙদা) হায়, "লৌশিং শিংলগা অমদি মীওইবনা লৈবা যাবা স্তান পুম্না লৈবগা তুংদা অনুতাপ তৌনবা, লমচৎ নাইদবা নিযম লৈতনা চংজবকপবু খুদক্তা ঐখোযনা হেক্তা লৌশিল্লোযদবনি; মদু ঙাকথোক্লবা তৌফম খোকপা থবক পাযখৎকদবনি। মীনাই ওইনা (মীখা পোন্না) জাত্তি অদুনা লৈবা হৈনদ্রিবা ফাওবা নত্রগা শেঙ্গা থুমজা মিংচৎ থিববা কাংবুগী শক্তিবু হেন্না ফবা শক্তি অমনা লৈমাইদা নমথুদ্রিবা ফাওবা অসিগুম্বা মীশিং অসিনা অমবোমদা (মখোয়দা পীবা) পাওতাক খুদিংবু তুংওইননা লাপ্পা থমই (মনাদা হাপতে)। মখোয়মক্কী ওইবা মজাত্তিবু লৈখা তানবা তৌবা, লমচৎ নাইদবা কাংবু অমদি য়েক্লবা মী মশামক্না শিঙ্গল্লকপা শাগী পুকচেল চেনবা মীদগী হেন্না মতৌসানা থম্মোই যাওদ্রবা কাংবু ওইববা মীনাইবু শেন্নবা থবক, মখোয়বু মাইথিবা পীবা মীনা মখোযদা খুদক্তা শীন্নদ্রবদি অহানবা মতাংদা মথক্তা পনখিবা মীওই কাংবু অসি কর্দৌংঙদসু ফত্তনা ৱাখল খন্দুনা লৈথদে।"

ঐগী মকপ মপাং কয়া লৈবমই লোযননা থাঙ্গনগী ওইবা ৱাখলনা ঐবু চিংদুনা পুবমই। অদুবু হৌজিক অসিগুম্বা অপাম্বদু লৈত্রে অদুগা চৎনিংবসু পোকত্রে। হেক য়াবিবমখৈ ইংলণ্ডদগী লাপ্পা থাপ্পা লৈবা পামলে; ভাবতকী ৱাফম অসি সাহেবশিংগা ফাওবা তানবা পামদ্রে (তান্নগে নিংদ্রে)। মমৈথংদা মকপ খববু নিংশিংলকই লোয়ননা পুক্লিং খজিক হন্থবকই; অসুম তৌদুনা মী পুম্নমকপু চপ মান্ননা লৌকবসি কয়াদা লাল্লিবনো হাযনা ইশা ইতোমতা শোঙ্গবমই। লাঞ্জাও অসিগী মতাংদা সাহেবশিংনা খনথিবা অকীবগী মশক ওইববা ৱাখল (ৱাফম), মখোয়না তৌবিবা অসি ইকাই কাইদনা চত্থবকইবা মখোয়গী মীবোল অমদি মখোযগী নুংশিববা মী কয়া মথৱাই মাংখিবা অসিনচিংবশিং অসি ঐহাক্না খল্লমই। ময়াম অসি খল্লুবদা ঐহাক খবমখৈদি নেমথৈ হায়ববু মদুগী নুংঙাইতবা অদুদি কোক্তে লৈতৌবি। মতমনা মতুংদা খবা খবা ময়েংদি তাহল্লক্কনি অদুনা অতোপ্পা অওনবা অমা পুবক্কনি। ইংলণ্ডগা মবী লৈনকবা মফমদুগী মীশিংগা খংন-চান্নকবনা ঐহাক্না অসুম্না খল্লবদি মবী লৈনকদবশিং অসিনা কবি ওইহনবা যাবিবগে ?

# তরাশুবা পন্দুপ

## তরুকশুবা তাংকক

# ভারত্তা অৱাবা অমদি চাকতাংবা

ৱাখল অমসুং পাঙ্গল অনিমক্তা ভাবত যাম্না ৱাবমই। লাঞ্জাওগী মতমদা মীওই খবনা চাওখৎলবসু নুংঙাইববসু মীওই খবৰ্দদি মখোয়না পুবা পোৎলুম্না লৱাই শাৎহল্লমই, মসিবু শাথিনা নিংশিংহনবা ওইনা চাকতাংবা থোকলকখি, পাকশন্না চাকতাংবা অদুনা বেঙ্গল অমদি ভাবতকী নোংপোক থংবা খা থংবা লমদমদা তমথীনা শোকহনখি। বৃটিশনা অহানবা শাসন হৌবকপগী ফল ওইনা ১৭৬৬ তগী ১৭৭০ ফাওবা বেঙ্গলদা থোকখিবা তমথিববা চাক তাংবদুগা চাং তম্নবা যাববা, বৃটিশনা ভাবত্তা চহি ১৭০ শাসন তৌবগী মনুংদা থোকখিবা চাক তাংবা কযাগী মনুংদা মসিনা খ্বাইদগী চাওই অমসুং শাথিবমই। মতুংদা অচৌবা লায়না মকওইনা পুকচৎপা অমসুং অকম হৌবা লাযনা থোবকখি; অচৌবা লাযনা লাযচৎ অসি অতৈ প্রোভিন্স কয়া শিনবা থৃংনা শন্দোবকখি; ঙসিমক লাযনা অচৌবা অদুনা মী লিশিং কুন কুনগী মথৱাই মাংহল্লি। চাকতাংবা অমসুং অচৌবা লাযনা অদুনা মী লিশিং মাংহল্লি। চাকতাংবা অমসুং অচৌবা লাযনা অদুনা মবম ওইদুনা মী কোটি কযা শিখি; মদুগী তমথীববা ভুত অদুনা ভাবত শিনবা থুংনা ঙসি ফাওবা কোইচৎ চৎলি লোযননা মী কযাবু অবোযবা যাহিপ তালহল্লি।*

মকোক ওইবা মীওই খবতগী ওইবা চাওখৎপবু পাববা কুবাংপান্না কুপ্পনা, ভাবতকী শক্তমবু চাকতাংবনা হাযদোক্না উৎলমই; শক্তম অসি লায়ববা অনংবা অমদি বৃটিশ শাসনগী মশক থীববা শক্তমনি। শক্তম অসি ভাবত্তা বৃটিশনা পানবগী খম থেংনা মপুং ফাববা শাসনগী শক্তমনি। মসি প্রকৃতিগী অৱাবসু নত্তে, চাকতাংবা থোকহল্লিনা মবম কযানা ওইহনবসু নত্তে, লাঞ্জাও থোকখিদুনা নএগা যেক্লবনা থিংজিনখিদুনা থোকহনবসু নত্তে। মসি হান্না মাংজৌননা উববা, থোকহন্দবা যাবা, মীনা ওইহনবা মখলগী চাক তাংবনি হাযবসি কুপ্না থিজিনবা কাংবুনা যানববনি। অঙকপা ফংনা নাতৈ চাদবা, মতিক চাদবা অমদি মখোয় মশানদি পেঙ্গবা, মবী লৈনবা অঙম অংৌশিংনা উৎলি হাযবসি মীপুম খুদিংমক্না যানববনি। মী লিশং লিশিনিতিগী ওইনা লমজাওদা শিনবক্লবা অৱাবগী খম থেংবা অবোযবা মতম লাক্লবা ফাওবদা চাক তাংই হাযবসি সবকাব অসিনা যাবমদে, মসিগা মবী লৈনবা বাফম ফোংবসু অথিংবা কাংবুনা (খববদা হাপ্পা পাও যৌশিনবা অমদি হাপ্পা যাই যাদে থিংবা কাংবুনা) থিংজিল্লমই। কলিকতাদা ফোংবা "ষ্টেটসমেন" দা কলিকতাগী লম্বী কযাদা তাদুনা লৈবা শিকম নাকল্লবা চাবা ফংদ্রবা নিপী অঙাংশিংগী ৱাববা নুংঙাইত্রবা কীনিংঙাই তুক্কচনিংঙাই ওইববা দৃশ ফোংবা মতমদা, ভাবত সবকাবগী মচিন চৎপা অমনা অফিসকী ৱাফম অমা ওইনা সেন্ত্রেল এসেমব্লিদা ৱা ঙাংবদা, থৌদোক অদু দ্রামাগী মওংদা লৌদুনা যানিংদবা উৎলমই,

* ১৯৪৩ ৪৪ না বেঙ্গলদা চাক তাংবদগী শিখিবা চাওবাকপা মীশিংগা যাম্না থিনা খেৎনৈ। চাক তাংবগী চৈনা ফংলবা লমদমশিংদা কলিকতা বিশ্ববিদ্যালযগী ডিপার্টমেন্ট ওফ এন্থ্রোপোলোজিনা বিজ্ঞানগী ওইবা মওংদা পাক্লা শন্না মশীং থিহন্নবা মওং অমা পুথোকখি। চাক তাংবদগী বেঙ্গলদা শিখিবা মী মশীং ৩,৪০০,০০০ নি হায়না মখোযনা পুথোকখি। ১৯৪৩ অমসুং ৪৪ গী মনুংদা বেঙ্গলদা লৈবা মীশিংগী চাদা ৪৬ খক শাথিববা লায়নানা নাখি হায়নসু ফংখি। খুঙ্গংগী পট্টওযাবি নত্রগা লুচিংবশিংদগী ফংবা থাজবা যাদ্রবা বিপোর্টনা হেন্না ৱাংলি। চাকতাংবা অমদি চাকতাংবগী মতুংদা থোকপা শাথিববা লাযনানা মবম ওইদুনা বেঙ্গলদা শিখিবা মীশিং অসি চাওবাক্লা ১৫,০০,০০০ নি হাযনা ফেমিন ইনক্বাবি কমিসনগী প্রাসিডেন্ট স্যাব জোন উডহেডনা অফিসকী ওইবা ৱাবেপ লৌখি। হাযবিবা মীশিং অসি চুম্না বেঙ্গলতগীনি। লৈবাক অসিগী মফম কযাদসু চাকতাংবা অমদি চাকতাংবগী তুংদা শন্দোবকপা অচৌবা লাযনানা অৱাবা কযা পীখি।

ভাবত্তা চাবা ফংদবদগী মী লিশিং লিশিং নিতিগী শিবসি মহৌশাদগী হৌনা থোক্কুনতা লৈবা থৌদোকনি হায়না মহাক্না লৌবমই। ইংলণ্ডদা লৈবা ভাবতকী অফিসতা থবক তৌবা মিষ্টব এমেবিনা মহাক্কী ৱাণাং অমদি মশাগী যানিংদবা উৎপনা মশাবু তোপ-তোপ্পা খ্বাইগা মান্নদনা ফাওহনখি। অদুবু মমৈথংদা যাদবা, য়াবক্তবা অমদি লৈবাক শিনবা থুংনা সনখ্রবা চাক তাংববু উৎনা-ৱাইনা কুপশিন্দুনা থম্বা-লোৎপা য়াবক্তবা মতমদা লোৎশিন্দুনা থম্বগীদমক অঙম অথৌ মশেন কাংলুপ নাইবনা অমনা অমবু মবান শিনবকখি। ভাবত সবকাবগী মখা পোন্না গভর্ণব অমগী মখাদা তৌ হায়বতা তৌদুনা লৈবিবা প্রোভিন্সকী সবকাববু (প্রোভিন্সিয়েল গভর্ণমেন্টপু) মবান শিদুনা চাক তাংইবা অসি প্রোভিন্সিয়েল গভর্ণমেন্টকী মবান্নি হায়না ভাবত সবকাবনা হাযবমই। অদুগা অমুকসু খ্বাই পুম্নমক্কী মথন্তা লৌববা অঙগ্না, ভাবতকী মফম পুম্নমক্তা মহাক্না নিংবা পান্না মতুংইন্না তৌগে হাযবতা তৌবা ঙমলিবা, মশামক্না মীহুৎ শিন্দুনা লৈবিবা ভাইসৱোযবু মখোয পুম্নমক্না (প্রোভিন্সিয়েল গভর্ণমেন্ট পুম্নমক্না) মবাণ শিবা তাবমই, মশানসু শোযদ্রবা অচুম্বনি। মপু ফানা নএগা হংখাইত ওইনা ডিমোক্রেসি চৎপা লৈবাওদি অসিগুম্বা অবাবা থৌদোক অসিনা মবী লৈনবা সবকাববু হুমদোক্তুনা পুবা তাবনি। অদুবু মদু ভাবত্তদি মদুম্না তৌগদবা নত্তে, মফম অসিদদি মসি অনৌবা নত্তে হান্নদগী ৩ক্তনা হৌদুনতা লাক্লাবনি।

লাঞ্জাওগী মাইকৈদগী খন্নকববদি, লাঞ্জাওমক তেব থাকইবা মফমদুগা খ্বাইদগী হেন্না নকুনা লৈবা মফম অমদি লান্দাবকপদা শোকইবা মফম অদুদা চাক তা বা অস থোকইবনি। লৈবাক শিনবা থুংনা থোকইবা চাক তাংবা অমদি শেম্ভুমগী ফীবমদা হৌগৎপা ঙমদবমখে সোকহনবনা মবৈবাকপু লান্দাবকপগী মখুত্তগী কনবা লোযননা অমুক হন্না লান্দাশিনবা ঙমহনবা হৌনদে, মসি শেংলবনি। অদুবু ভাবত ঙাক্লবা অমদি লান্দাবকইবা জাপানগা নাযোক য়াদুনা লাম্বেংনবগী লৌফম থোকপা দাযী ভাবত সবকাবনা ইস্তোকলমই। পৃথিবীনা কা হেন্না শাদুনা চাকথেকপা নগুনা চাবা ফ দদুনা চাক তাংনা চাকথেক্তুনা মী কোটি কযা চাক তাংদুনা চাবা ফংদবগী লানফমদা শিবিবা অসি সবকাব অসিনা তর্কশিল্লিবা পোলিসগী মযেক শেংনা লাববা খুদমনি।

সবকাবগী থবক তৌদবা ভাবতমচাশিংনা ভাবত শিনবা থুংনা ওর্গেনাইজেসন শেমগৎলক্তুনা চাক তাংবদগী ডাক থাক্লবা অফবা থবক পাযখৎলকখি, অসুম্না ইংলগুগী কেকবশিং অমদি মীনুংশি চাংবা মতিক চাববা মীওই কযাসু যাওশিল্লকখি। মমৈথংদা কেন্দ্র সবকাব অমসুং প্রোভিন্সিয়েল গভর্ণমেন্টশিংসু মিকপ থোকলমই, থোকইবা থৌদোক্কী খুদোংথীবদু মখোযসু খংলকখি, অৱাবসি কোকননবা হোৎনবদা সিফাইশিং শীজিন্নবমই। মতম খবদি চাকতাংবা শন্দোবকইবদু থিংননবা হোৎনবদা সিফাইসিং শীজিন্নবমই। মতম খবদি চাক তাংবা থিংননবা পায়বা যাবা থবক পায়খৎলমই লোয়ননা মতুং তাবদা থোবক্কদবমখৈসু থোক্তনবা তৌবমই। হেন্না খুদোংথীবা মওংদা কবম্বা মতমদা অমুক হন্না চাকতাংবা থোবকপা যাবগে হায়বা কনা অমতা খংলমদে। বেঙ্গল থীনা শোকলমই, সমাজ অমদি শেম্ভুমগী ফীবম শাথিনা শোক্লমই, শোল্লবা, মীওই লাল্লুপ চাদ্রবা মীওইনা তুংগী মীওই ওইনা লৈহৌবে।

অসিগুম্বা থৌদোক থোক্তুনা কলিকটাগী লম্বী খুদিংদা অশিবা মশা তা তাদুনা লৈবা মতমদা কলিকতাদা লৈবা নুংঙাই য়াইফবা ইমুং লিশিং তবাবোমগী সমাজগী পুন্সিদা অতোংবা কবিমতা লৈবমদে। জগোই ঈশৈ, চাকচা হৈজানবা অমদি অকে অমৌদা তাওদুনা পুন্সি নুংঙাইনা লেল্লমই। যাম্না শাংলবা মতম ফাওবা চেংচাক য়েনবা লৈখিদে। কলিকতাদা শগোল লমজেন লেপখিদে; মহৌশাগুম, লৈজবা লেম্লনিংঙাই ওইবা ফীজোন্না লৈতেংলবা মীয়াম তিল্লমই। চিঞ্জাক পুবক্লবা গাডীদি লৈবমদে অদুগা শগোল লমজেনগী শগোলদি লৈবাক অসিগী অতে মফম কয়াদগী, অখন্নবা শাববা উপুদা হাপ্তুনা বেল গাডীনা হোল্লকখি। সাহেব অমদি ভাবতমচা কয়ানা অসিগুম্বা নুংঙাইববা পুন্সিদা লুপ্তুনা লৈবমই; মখোয়দি চাবা ফংদবগী লানফমদা হেম্না নুংঙাইবা চাওখৎপগী কাববাব তৌবমই, মখোয়দদি পৈশা মবাং কায়বমই। চান থক্লবা চিঞ্জাক্তা শেন্দোং য়াম্না লৌবনা শেন য়াম্না ফংলমই; মাইকৈ অমবোমদনা চানবা চিঞ্জাক ফংদবদগী নিতিগী ওইনা মী লিশিং তবা তবা শিবমই।

ইতৎতত্তনা হায়নৈ, ভারত অসি তাইওন্নবা খেৎনবা কয়াগী লৈবাকনি; য়াম্না ইনাকখুনবা খরা অমদি য়াম্না লাইরবা মীয়ামগী লৈবাকনি, হৌজিক কানগী অমদি ময়াইওইবা যুগকী লৈবাকনি, নিংথৌশিংগী অমদি প্রজাগী লমনি, সাহেব অমসুং ভারতমচাগী লৈফমনি। মহৌশাগী মতমদসু অসিগুম্বা খেৎনবা অসি লৈবমদবা নত্তে হায়বসি চুন্নবা ব্রাফমনি; ১৯৪৩ গী অবোয়বা চহি তম্খাই অসিমক কলিকতা সহর মত্তদা অকীবা ফংলবা চাক তাংবগী (মতম) থা ওইখি। মশানা তোঙান তোঙান তানা লৈববা, অমগা অমগা থৌশানদ্রবা পৃথি অনিনা খংহৌদনা লম ওইনা পুন্না পুনশিলবে অদুবু নাকন নাকন মশা শেৎনা লৈবি। তোঙান তানবিবা অসিমক ঙকনিংঙাইনি অদুগা হেন্না থোইনা ঙক্লিংঙাই ওইবদি নাকপাক তানা লৈনরিবা কাংলুপকী মীশিংনা মখোয় মশেন অকীবা ফংনা ঙকনীংঙাই ওইনা তিন্নবা য়াদে হায়বা খংনদে; মহৌশাদগী হৌনা হৈনরক্কবা যুম্বাল অদু কায়দনা চথবকলি। মখোয়না খল্লিবসি করিনো হায়বা কনা অমতনা হায়বা ঙমদে; মখোয়না তৌথোরকপা অদু য়েংলগা অদুক খনবতনি। সাহেব অয়াম্বগীদমক্তদি মসি থোয়না হেন্না লায়না থোকই, মবমদি মখোয়না লেল্লিবা পুন্সি মবেনদি তোঙাল্লি; মখোয়গী জাত্তিগী চৎনবীনা মখোয়বু পুল্লি; মীওই খবনা অদুক য়াদদুনা তৌববসু মখোয়গী মহৌশাগী ওইবা চৎন-নিয়মদু মখোযনা থুগাইদে। তৌইগুম্বসুং চৎনবী অমগী মখাদা লৈ হায়বিবা ভাবতমচাদি মখোয়, কাংলুপ অমগা অতোপ্পা অনিগী মবক্তা লৈবা চৈখন্না মখোয় মশেল তোঙান-খাইবোক তানৈ; মী ওইবগী ওইবা নুংশিনবা অমদি ফজবা চৎনবোলনা মখোয়বু পুনশিনহনবা ঙমদে।

অচৌবা খুদোংথীবা থৌদোক খুদিংমক্তা তৌবগুম্না, চাক তাংবনা ভাবতমচাশিংগী অফবা অমদি ফত্তবা মগুণ মীমাং থোক্লা উৎথোকই। মক ওইবা মীওই কযা অমা য়াওনা মখোয় অয়াম্বা জেলদা লৈবমই, কবিগুম্বা মওংগী মতেং অমতা পাংবা ঙন্নমদে। চাকতাংবদগী ঙাকথোক্লবা পাযখৎপা লনাই ওইবা (অফিসকী নত্তবা) ওর্গেনাইজেসন্না, মীয়াম্না ঙমনা লৌনববা ফীবমদা থবক কন্না শুবা, মশা মশাগী অঙম্বা মতিং ফুদোকপা, মশেন অমগা অমগা মতেং পাংনবা, পুন্না নোম্মীন্নবা, অর্মাদি মশাগী ওইজবা থাদোকপা, পুন্নমক অসিগা কাংবু খুদিংগী নিপা নিপীশিংবু অমতা ওইনা তিন্নহন্নখি। অদুগা মখোয মশেন য়েংথিনবা, কল্লক খম্বন্নবা ব্রাখলনা মপুং ওইদুনা হন্না য়েংনদবা, থবক শুদনা লৈথোকপা, অতৈবু মতেং পাংবগী ব্রাখল লৈতবা, অসিগুম্বা মীওইগী মবক্তা ফত্তবা গুণ লৈতবা নত্তে; মসি চুন্নবনি; থোকইবা থৌদোক্কী মবমদা কবিমতা খন্দবা, মী অমা ওইবগী ব্রাখল খন্দবা, মজাত্তিগী খন্দবা মীওইসু লৈতবা নত্তে।

লাঞ্জাওনা মাংহন-তাকহনখিবা, অমদি শাসন পায়বা অঙম্বশিংগী চেকশিন্দবা, লোয়ননা তুংদা থোবক্কদববু উবা ঙন্নদবা, মসি পুম্বনা চাকতাংবা থোকহনবগী হকথেংনববা মবমনি। চাক তাংলক্কদৌবা অসিবু খংলক্তুনা অসিগুম্বা অকীবা থৌদোক থোক্কদৌবে নকশিল্লক্লে হাযবা জ্ঞান লৈবা মী খুদিংমক্লা খংলক্কবা মতমদতা লৈবাক্কী চান থক্লবগী হিবমদা কবিমতা থৌশাদ্রবা লৈবাক্কী অঙম্বশিংগা মমিৎ পাংলকই। লাঞ্জাও থোবকপা অহানবা চহিদা, চান থক্লবা পোৎচৈগী মবমদা, চপ চানা চেকশিন্না পায়খৎপা য়াবা থবক পায়খৎলবদি চাকতাংবসি থোকহন্দবা য়াবম্বনি। লাঞ্জাওনা মাং-তাকহনবা অতৈ লৈবাক খুদিংদা, লাঞ্জাও থোক্লিংঙৈ মমাংদগী হৌনা, লাঞ্জাওনা, থোকহনগদৌবা শেম্বুমগী মকওইববা হিবম অসিদা মপুং ওইববা ব্রাখল হান্ননা খন্নবা ঙাকনি। অদুবু ভাবত সবকাবদি, ইউবোপতা লাঞ্জাও থোক্লবা মতুং চহি অশুম থা অহুম লৈবগা লোয়ননা জাপানগী লাঞ্জাও হৌম্রবা মতুং চহি অমা হেল্লবা মতমদা চানথক্লবগী শিনলাংবা সবকাবগী লোইশং থম্বা হৌখি। জাপান্না ব্রহ্মা পায়শিনখিবদা বেঙ্গলগী চান-থক্লবা পোৎ পীথোক পীশিন তৌবদা খুদোং চাহনদে — হাযবসি খ্বাই পুন্নমক্লা খংনববা ব্রাফমনি। ১৯৪৩ গী ময়াই চল্লকপা মতম, চাক তাংবনা অকীবা ফংনা শাথিনা মফম শিনবা থুংনা থোবক্লবা মতম অদুতদা ফাওবা চানথক্লবা পোৎ ফংহন্নবগী পোলিসি অমা ফাওবা ভাবত সবকাবগী লৈরমদে। ভাবত সবকাবগী লৈঙাক পথাপপু শিংনবিবা কাংবুবু নমথদুনা থম্বদগী হেন্দোক্লদুনা অতৈ হীরম কয়াদা ভাবত সবকার অসি কয়াদা মতিক চাদ্রিবনো হায়বসি খ্বাই পুন্নমক্তগী তোপ তোপ্পা তাববা ব্রাফমনি। নত্রগা, মখোয়তনা লৈঙাক পথাপ পায়দুনা লৈবগা লোয়বে হায়না মহৌশাদগী হৌনা খন্দুনতা লৈবা মখোয়গী ব্রাখল অদু নত্তনা কবিগুম্বা অতৈ অমতা

খন্দুনা লৈতে হায়বসিনা হেন্না অচুম্বা ওইগনি। থবক থোক্লক্লবতদা মখোয়না মদুগী মতাংদা খনবা হৌই। মখোয়গী জাত্তিগী হৌনবা লোয়ননা লৈবাক শাসন তৌবগী হৈ শিংবদা থাজবা ৱাৎপগী মতম চুপ্পদা থোক্লকপা খল্লকপা ৱাখলনা লৈবাক্কী থৌদোকশিং অসিবু অমুক নমথৈ।*

* বেঙ্গলদা চাক তাংবা থোকহনখিবসি অফিসকী থবক তৌবা কাংবুগী অকীবফংনা চত্থবকপা অশোয়বা অবানবা অমদি মখোয়না মশাগী ওইজবা তানবদগী থোকপনি হায়বসি সাব জোন হুদহেডনা প্রসিডেন্ট ওইদুনা পাংথোকখিবা ফেমিন ইনক্কাবি কমিসন্না (১৯৪৫ গী মে থাদা ফোংবা বিপোর্টতা) অথুপ্পা ওফিসকী ওইবা ৱাফমদা মযেক শেংনা উৎপ্লবনি। মখোয়না হায, "বেঙ্গলদা থোকখিবা চাকতাংবদুগী মবম লিখুন অমদি মদুনা হৌবকপগী মবম থিজিনবসি যাম্না নুংঙাইতবা থবক্লি। বেঙ্গলদা লৈবা লায়ববা মী কোটি অমা মখাইনা চাকতাংবগী খয়াত্তা তাবসি মখোযগী মবান (দাযী) কাবমতা নত্তে। সমাজ অমদি সমাজগী কযাং ওইবিবা থবক পুবশিংনা সমাজদুগী অশোনবা মেম্বৰশিংদু কনবা ঙম্লমদে। তশেংনমক মীয়ামগী লিচৎ-শাজৎ কাযথবকখি, সমাজ লৈবা য়াবক্তে, সবকাব শোঙ্গবকই।" হকচাং ফনা লৈবা অমদি শেঙ্গুমগী ফীবমগী মতাংদা প্রোভিন্সকী ওইবা শেনফম ৱাৎপা, ইণ্ডষ্ট্রিগী মতেং লৈতবনা লৈবাক শুদুনা মনা মশীং থাবতনা জীবিকা ওইবা, মতমদুদা লৈবা মীয়ামগী কাংলুপ খুদিংগী হিংনবা চিঞ্জাক মবাং কাইনা লৈতবা, শেঙ্গুম মবাং কাইনা লৈনদবা, মশা যত্তবা, চাবিবা চিঞ্জাক্তা মশা মউ ফগৎনবা মচি ওইবা শকক য়াওদবা, অমদি হীবম খুদিংদা চৈঙাক ওইবা যাবা মখৈ ইৱাত্ত ৱাৎপবু মখোযনা পল্লি। খুদক্কী ওইবা মখোযনা খন্নবম্না মবম খবদি : মতম মতমগী ওইবা, খতু খতুগী ওইবা, মহৈ মবোং ফংদবা (থোঙবা), হান্না থাবকলম্না ব্রহ্মাগী চেং, ব্রহ্মানা থাবক্তবা, থিংজিনখিবা, হেন্না লাইববা কাংলুপকী মাং তাকপা থোকহনবা, সবকাবগী ওইনা ডিনাইযেন (যানিংদবা) পোলিসি, সিযাইনা কা হেন্না চিঞ্জাক অমদি চৎথোক চৎশিন্দা দাবী তৌবা লৌশিনবা, অমদি সবকাবদা থাজবা ৱাৎপা, অসিনি। ভাবত সবকাব অমদি বেঙ্গল সবকাব অনিগী পোলিসি নত্রগা মতম পুম্নদা পোলিসি বাৎপা নত্রগা ঙহাক লৈতনা পোলিসি হোংদোকপা, থাকলক থোকংনকইবা থৌদোক্কীদমক মখোযনা হান্না খঙ্গবা ঙমদবা, লোযননা থবক পাযখৎপা ঙমদবা, চাক তাংবা থোক্লক্লবা ফাওবদা চাক তা ংল হাগনা লাওথোক্তবা লোযননা চাক তাংলকপবু ঊশিন্নদবা অমদি চাক তাংবা কোক্লবা পাযখৎপা য়াবা থবক পাযখৎতবা, পুম্নমক ঊশিন্নদ্রগা কাইনথংদা মখোযনা নুংঙাইতবা ফোংদোকই। মখোযনা অসুন্না মখা তানা হাযবমইঃ "চাক তাংবনা চপচাবা থোক্লক্লবদা চাক তাংবগী অৱাবদু কোকননবা মতম চানা লৌখৎপা যাবা থবক লৌখৎনবা অকনবা ৱাবেপ লৌদুনা বেঙ্গল সবকাবদা শক্তি শিন্নখ্রবা অবোযবা বাফমদু ঐখোযনা কাওদে। চানবা চিঞ্জাক পুশিল্লক্লবা মবম কযা, নিযম নাযনা খন্নখ্রবা ৱাফমবু মতমচানা হান্নবা, ভাবৎ সবকাবনা য়াদে। ১৯৪৩ মার্চতা (চাক তাংবা) লাকশিন্দবগীদমক খন্নবা বেঙ্গল সবকাবনা লৌবা দাযা অদু ভাবত সবকাবনস শকক যাযম থোকপনি। . ভাবতকী মফম অযাম্না শিনবা থুংনা ফ্রি ট্রেড (আথংবা লৈতনা লল্লোনবা) হৌনবা ভাবত সবকাবনা মথং মথং ওইনা হৌদোকপসি অচুম্বা নত্তে, মসি খুমা চাওশিন্না চংদনবা তৌবা তাবনি। প্রোভিন্স অমসুং স্টেটশিংনা মাইপাক্লা খংখ্রবা ফ্রি ট্রেড অসি চৎনবনা ভাবতকী অযাম্না মফমদা হায়নিংঙাই লৈতনা ৱাবা, অৱাবা কয়া থোকহনলম্না তাবনি। কেন্দ্রদ অমদি প্রোভিন্সশিং অনিমক্তা সবকাবগী থবক তৌবশিংগী শেবান্নবা থৌশিল অমদি প্রজা মীযাম্না পামদবা থবক কুপ্পা যেংলবা ভুংনা কমিসন্না হায়বদি বেঙ্গলদা লৈবা প্রজা অমদি কাংলুপ কযাদি মবান শিবসিদা মখোযগী চাকথুং য়াওবিবনি। লাকশিনবা বাৎপনা পোৎকী অবেপ্পা মমলদগী থুনা হেনগৎহনবগী মবম অমা ওইবিবা অকীবা অমদি কবাম চাওবা ইহৌবসু ঐখোয়না পল্লিবসিনি। অসিগুম্বা অৱাবা অসিনা মবম ওইদুনা অঙকপা ফংনা শেন্দোং তালহৌই, অসিগুম্বা ফীবম অসিদা কাংবু খবগী কান্নবা শেন্দোংদি মী কয়া'মা শিহনবনি। কাংলুপ খবগী মীওই খবদি ৱাত্ত পাদবা হিংবা ঙমই অদুগা অয়াম্বদি চাবা হেন্না পুংসি লেল্লি অসুম্না ৱাবা মৱা অসিদা খেৎনবা কয়া অমা লৈ। প্রোভিন্স শিনবা থুংনা শেঞ্জা থুমজানা থল্লমই প্রোভিন্সতদা নত্তনা সমাজগী মনুংদা লৈবা কাংলুপ কয়াগী মবক্তসু শেঞ্জা থুমজাদা হৈনবমই।" অসুম্না চাবা ফংদবা চাক তাংবা অমদি শিননবা অসিদা তাস্লৌবা শেন্দোং অসি লুপা ক্রোব ১৫০ (লুপা কোটি ১,৫০০) বোম ওইগনি। চাক তাংবনা মী কোটি অমা মখাই শিববদি মী অমা শিব খুদিংদা লুপা ১,০০০ হেন্না শেন্দোং তাল্লমই।

লাঞ্জাওনা ওইহনখিবা ফীবম্মা চাকতাংবা থোকহল্লবসু লোয়ননা চাকতাংববু থিংবা ঙম্নম্বা তারবসু, মসি পুম্বগী মকদি ভাবতপু লাইবহনবা, মী কোটি কয়াবু চবা হেলহনবা, অমদি চবা হেক হেক হেলহনগে তৌবা, য়ুম্ফম ওইবা শোয়ববা পোলিসিনা হেন্না হকচিনবা মবম্লনি হায়বসি মীপুম খুদিংনা চপ মান্ননা খংলবা অচুম্বা বাফমনি। ১৯৩৩ দা ভাবতকী মেডিকেল সার্ভিসকী ডিবেক্টব জেনবেল ওইবম্না মেজব জেনবেল স্যাব জোন মেগাওনা ভাবত-বাসীগী হকচাং অফ-ফত্তগী মবমদা পীবা মাগী বিপোর্টতা অসুম্না ইবমই, "ভাবত পুম্ববু অমতা ওইনা লৌবগা ডাক্তব খানাদা থবক তৌরিবা ডাক্তবশিংনা লৌবদি চাদা ৩৯ দি মশা মউ ফৈ ফনবা চা-থকই, চাদা ৪১ দি মশা ফনবা চাবা ঙমদে অদুগা চাদা ২০ দি অসুক্কী মতিক মশা ফত্তে, অফবা চিঞ্জাক কবিমতা চাবা ফংদে। বেঙ্গলদা লৈবা মীশিংগী চাদা ২২ দি মশা য়েংনা নিংথিনা চাবা ঙমই, অদুগা চাদা ৩১ দি অফবা চিঞ্জাক কবিমতা চাবা ঙমদে হায়না হেক য়েংবদা পুক্লিংদা পানবা গ্রাফ-লাই, বেঙ্গলগী ডাক্তবশিংনা য়েকলম্মি।

ভাবত্তা পাল্লম্না বৃটিশকী শাসনগী অবোয়বা অফ-ফত্ত হায়ববু, বেঙ্গলদা থোকখিবা অব্বাবা, উবিষ্যা, মালাবাব অমদি অতৈ মফম কয়াদা থোকখিবা চাকতাংবনি। বৃটিশনা ভাবতপু শোযদনা থাদোক্কনি, (মখোয়না শাসন তৌবম্না) ভাবত সম্রাজ অসি চুম্না নিংশিংনবতা ওইনা লৈহৌগনি; অদুগা মখোযনা থাদোক্কুনা চৎখিবা মতমদা, মখোয়গী ওইনা কবি লৈহৌগদবগে হায়ববু কবম্না মীওইবা জাত্তিবু হম্ববা মিৎযেংনা যে'লম্না লোয়ননা মীওইববু কযা যাম্না থিনা অব্বাবা তাহল্লম্বগে হায়বসিনি। টেগোবনা (ববিন্দ্রনাথ টাকুবনা) চহি অহুমগী মমাংদা শিবমদাই মতমদা শক্তম অসি উথিবমই। "মখোযনা কবম্না মওংদা ভাবতপু থনমগনি, কবম্না মখলগী অব্বা অনা থোকহল্লমগনি ? চহি চা কযা চুপ্পা মখোযনা লৈবাক ঙাকলম্বগী ইচেলনা কাযনথংদা কংশিল্লকলবদা, কান্নদ্রবা কবম্না মখলগী লৈখোম লৈনাং অমদি অমোৎ অকায মখোযগী তুংদা মখোযনা পৈদুনা থমজিল্লমগনি।" "মখোযনা থনমগদবা ভাবতকী শক্তম, থোকহল্লমগদবা মখল কয়াগী অব্বা অনা, চহি চা কয়া চুপ্পা লৈবাক ঙাক্লম্বগী মোৎলবা ইচেলনা কায়নথংদা, মখোযগী তুংদা (ভাবত থাদোকপ্রবা তুংদা) পৈশিন্দুনা থমজিল্লমগদবা কংশিল্লকলবা, কান্নদ্রবা লৈখোম-লৈনাং অমদি অমোৎ অকায়।

# তরাশুবা পন্দুপ

## তরেৎশুবা তাংকক

# ভারতকী অকনবা অথুবা পাঙ্গল

চাকতাংবা কযা থোক্লকবসু, লাঙ্গাও কযা শোক্লববসু, থোক্তবা যাদ্রবা মতমগী ইচেল মতুং ইন্না, ওন্ন তৈনবা কযানা থল্লবা মীওইবগী পুন্সিগী ইচেল লেপ্লা লৈতনা চেপ্লবি, চেপ্লবকলিবা খোংজেল লেপ্তনা চেপ্লবকপদা অৱাবা কযা হাইওন্নবা কযা যাওবক্লবসু, মদুগী মবক্তা যাওবকই মকওইবা মচাক কযা'মা। প্রকৃতিনা মশাবু ইনৌত; অমুক নৌথোকহল্লি, ঙবাং লানফম ওইখিবা মফম প্রকৃতিনা লৈশু অমদি অশংবা নাপীনা ঙাসদি কুপশিলহল্লি, লৈতংলি, লানফমদা শিল্লখিবা ঈনা লৈপাক লৈহাও চেলহল্লি, অনৌবা পুন্সিদা (কাযনথংদা পোক্লকপা মীশিংদা) পাঙ্গল অমদি লিংজেল, নিংশিংবা ঙম্বগী শাক্তনা, হৌখ্রবা কযাবু নিংশিংলি লোয়ননা মবোন মবোন নাযনা নিংশিংহল্লি, অদুন্নদি ওইবগা হৌজিকমক্কী ওইবা (নিতিগী) নোমা নোংমগী ওইবা পৃথিবীদা ওইবকলিবা অহোংবা অনৌবদু লাকশিনবা ঙম্নদ্রি। ঐখোয়না খংলম খংফাদ্রিঙেদা, হৌজিক্কী ওইবা থৌদোক্তা হৌখ্রবা শক্তমদা তিনশিনখিবনা হাল্লি, ঙবাংতগী অঙাংনা ঙসি মহাক্কী ওইবা শাবেপ ফাবি, হযেংস অদুম কাযদনা মওইগনি। মশা পানবা লানঙম লাইবেন্থীগী মূর্তিনা ঈ লৈখোমগী থ্রোক থ্রোক লাওনবা কোমদা ওন্দুনা মপুন্সি লোযশিল্লি, নাইথিবা মবমদমগী হন্না হন্না কয়া হোৎনবদা ভূৎ প্রেতনা অনৌবা মপাঙ্গল অমদি মবৌশিং লৈবকই। মবিংজেল (লৈতবা) পান্দবা, মীগী চৎযম লৈতে, কনা'মনা খুঙা মৈবা পাযদুনা মান্দা চেনশিল্লি, মৈবা অদু শিন্নবি, হযেং থৌদা পুবগাদবা, মতিক মযাই লৈবা মীদা।

লৈবাক অসিদা মাইযোক্লবিবা, খনফম খংদবমখৈ ৱাববা খুদোংথীবা তাববা অদুগুম্বা ভাবতকী থৌদোক কযাগী মতাংদা খুদক্তা খন্নফম থোকই হাযবসি ভাবগা থোকইবা চাক তাংবনা ভাব তাহল্লি। ইংলণ্ডদা লৈবা মীশিংনা মসিগী মবমদা কবি খন্নবিবগে হাযবা ঐহাক খংদে, অদুবু মখোয খবনদি, মখোযগী হৈনবী ওইনা ভাবত অমদি ভাবত্তা লৈবা প্রজাশিংদা মবান শিজিল্লি। চিঙ্গাক ৱাৎলি, ডাক্তব লৈতে, হবচাং ফনা লৈহন্নবা থৌশিন লৈতে, হিদাক লাংথক থমদে, লন্থা থো যত্তে, শম্পৎনা হাযববদা লেপ্লা লৈতনা হেনগৎলবা অমদি হেনগৎপা লেপাঁএবা মী মশিং নওনা পুন্নমক অৱাৎপগী অৱাৎ পা ঙাক্তা ওইবমই। মবান শিফম থোকপদি, তুগী বাখল যাওদ্রবা, মাংন তাক্লবগী মশক ওইববা জাও অসিগী কা হেনা হেনগৎলকলিবা মী মশিং, যেংশিনবীবা লৈতনা, অমদি হাযবিবা থিংবীনবা যাওদনা, যামখৎলকলিবা মীকোক হন্থহন্নবা পাযখৎকদবা থৌবম পাযখৎপিদনা তাইওন্নহনবা, তুগী ওইনা তৌফম থোকপা থবক্কী কযাৎ শেমদ্রবা, অদুগুম্বা সবকাব অসিনি। মতমগী ওইবা অচৌবা থৌদোকপু মাইযোং যাবা ঙমদ্রবদি বাজানীতিগী অর্থ শুকনৈ লৈতবগুম, বাজনীতি অমদি বাজনীতিগী ওইবা থৌদাং নাকন্দা ইপ্লোক্তনা থমউ, থাদোকউ হাযনা ঐখোযদা হাযবমই, লোযননা অর্থনীতিনা খুদক্তা নৌনা কান্নহনবা শকলোন লৌবমই। কনাগী মবা তাদনা, লনাইগী ওইনা, থবক তৌবনা মশিঙাং ওইবা, পৃথিবীদা লৈবীবা কাংবুগী মীহুৎশিংগী মবক্তা অমা ওইববা, ভাবত সবকাবনা প্লানগী মবমদা ৱাবী শাবা হৌবকলমই; অদুবু অদুগুম্বা প্লান অদু নিংথিনা নিযম চুন্না খন্নবা মওংগী ৱাখল অমতা যাওদে। হৌজিকমক লৈবিবা ফীবম কাযদনা লৈহন্নবা, মশাতগী যেংবা ওইবা, মখোযনা মরুপ ওইনা লৈনবিবা কাংবুগী ওইবা কান্নবা কাযদনা থম্নবা, খন্নবনা মখোযগী প্লান ওইবমই।

ওইহন্নিংবা মওংদা হাযনিংবদা হাযবা যাবা ডিফেন্স ওফ ইণ্ডিয়া এক্ট অমদি মদুগী নিযম কযা পাক-শন্না শন্দোকপনা হাযনিংবা কয়া প্রজানা হাযদোকপা ফোংদোকপা ঙমদ্রবসু ভাবতকী প্রজাশিংগী পেন্দবা হেঙ্গিল্লকখি লোয়ননা লমন খুমনিংবগী ইহৌ কনখৎলকখি। বেঙ্গলগী অর্থনীতিগী ফীবম পুমশোয শোয়বকখি, প্রজা কোটি কয়াগী নিংবা কাযবা হৌখি। ভাবতকী

অতৈ মফম কয়াদা থোকলিবা অদুগী চপ চাবদু বেঙ্গলগীনা পম্বেং য়ৌবা খুদম ওইবা য়াই, মহৌশাগী ওইবা শেম্বুমগী ফীবম অমুক হন্জিনহনবা য়াদবা ওইনা তৌরমই। লাঙ্গাওগী মতমদা চাওখৎপা য়াবা থাক য়ৌনা চাওখৎলম্বা খুৎশা-হৈবগী থবক তৌবশিংবু ঙকশম-লুশম পায়না নিকলমই; চুম্নতা হিংনবগী ওইবা ফীবমতমক তানা লৈবা য়াবা পনখৈদগী হেন্দোক্তনবা শক্তি শিজিন্নবমই। মখোয়দি থবক্কী লমদা মখোয়তগী ওইবা অচুম্বা পামজবা কাংবুনি, বাজনিতিৱালা খরগী ফীদম্নফম ওইবা মওংবু মখোয়না কীবমই; তৌবতদি থবক্কী লমদা চুম্না তিংনা ইনজবতনা চুম্নবা পম্বেং য়ৌববা ৱাবেপ মখোয়না লৌবা ঙমইবনি। টাটা ইন্টবপ্রাইজগা মকওইনা মবী লৈনবা বম্বেগী খুৎশা হৈবা খবনা ভারতকী চাওখৎনবগীদমক চহি ১৫ গী প্লান পুথোকখি। প্লান অদু হৌজিক ফাওবা মপুং ফানা পায়খৎপা ঙমদ্রি, মদুদা অশোয়বা কয়া য়াওবমই। অচৌবা ইণ্ডষ্ট্রিনা খন্নবা য়াবমখৈ খন্নদুনা মদু শোয়দনবা শেমখিবনি; মদু শেম্নদা মতুংদা অশোয়বা কয়া লাক্তুনা হোংদোক হোংজিন তৌদনবা ঙম্নমখৈ হোৎনখি। অদুবু ভাবত্তা থোকপা থৌদোক কয়াগী ইথিন্না অচৌবা মওংদা মখোয়বু খম্বহনখি; মখোয়গী (ইন্দষ্ট্রিগী) ওইবা খনফম থোকপা ৱাখলগী ৱাংমদা মখোযনা চথখি। প্লান শেমইবা কাংবুনা অহোংবা লাক্কদবগী ইহৌ অদু পামদ্রবসু প্লান অদুগী মবীদা অনৌবা অহোংবগী ইহৌদি মশানা লাকফম থোকপনি। প্লান অদু শেম্নদা য়াওবা মীওই খবদি নেশনেল প্লানিং কমিটিগী মেম্নবশিংনি; মখোযগী থবক্কী শকক খবা হাপচিনবগী খুদোংচাবদু মখোযনা লৌবমই। তোঙানবা মওং কয়াগী মতুংইন্না হোৎপা অর্মদি হাপচিনবনা প্লান অসি চিংনবা লৈতনা খেৎনফম থোকই; অদুবু অহোংবা পামদবা মফমদগী থোবকপনা ভাবতমক্তা চৎফম থোকপা মওংগী খুদম অদুদি য়াফম থোকই থাগৎনিংঙাই ওই। বাজনিতি অমসুং অর্থনিতিগী ওইবা মওংদা ভাবত্তা একতা ওইবা অর্মদি নিংতম্না ভাবত ওইবনা মসিগী য়ুমফম ওই। শেনগী মতাংদা অহোংবা পামদবা বেঙ্ককী অপাম্বদুনা শক্তম অসিবু লাকশিনহনবদি যাবোই। লৈবাক অমগী লৈফম থোকপা অশেংবা শেনফমদি মচাক (পোৎ চৈ শানবা মচাক) অমদি মীগী মখুৎ শা হৈবনা মক ওইফম থোকই হায়বসি মসিনা কন্না পল্লি। মসিগী নত্রগা অতৈ প্লানগী মাইপাক্তা পাংথোকপদি চুম্নগী পোথোক্তনা ওইবা য়াদে থোকইবা জাত্তিগী মবম অদু চপ মান্ননা, মবম চানা, য়েম্বোক্কদবনি। নৌউ শিংউবগী নিয়মসু ইহান হানবদা চংদ্রবা যাদ্রবা থৌফম ওইবা নিয়ম ওইগদবনি।

মী অযাম্বনা প্লানিং অমদি প্লান তৌববা সমাজগী ৱাখল অসি মান্নদবা তোঙান তোঙানবা চাংচত্তা হৌজিক লৌনাব। অদুগা প্লানিংত হাযবগদি মদু অর্থ যাওদবনি, মদুনা অফবা কান্নবা মহৈ পুবকনিংঙাই ওইদে। পুম্নমক প্লান অদুগী থবক, মদুনু যেংশিনবা মীওই কাংবু লোয়ননা তংশ নমক প্লান অদুগী মকমদা লৈবা সবকাব অদুগী মখা পোল্লি। প্লান্না অথোযবা ওইং তাল্লিবসি প্রজানা অমতা ওইনা চাওখৎলবা অমদি নুংঙাই যাইফনত্রা, পুম্নমক্কী খুদোংচাবা যাকাইনত্রা, নিংখা তমহনত্রা, পুম্নমক অমতা ওইনা শাগৎনত্রা অমদি থবক তৌমিম্নত্রা ? পোথোক হেনগৎহনবদি মকওই অদুম্নদি ওইবগা মদুনা তংশংনমক ঐখোযবু থাপ্না পুথোক্তবদি নত্তে, মাসনা ঐখোযগী থৌদোক কযানা চম্মনবসু হেনগৎহনবা য়াই। মমাংথৈদগী হৌনা নবা তাদুনা লৈবক্তবা খুদোংচাবা অমদি থাবা য়াদ্রবা মশাগী কান্নবা ঙাক্তুনা থম্নবা হোৎনবনা প্লান্নংগী অহৌবা নকাম ওদা অকাযবা থোকহল্লি। জাত্তি অমগী অপুনবা ওইনা নুংঙাই যাইফবা পুবক্লবা শেম্বা স্কীম অমা পাংথোক্লবা চথনকপদা অসিগুম্না তোপ তোপ্না মশাগী ওইজবা তানবসি যাওহন্দ্রবা অদুতদা অশেংবা প্লানিং ওইনা মশক থোক্কদবনি। মশানা লৈজবা খুদোংচাবা পুম্নমক শোক্লোইদবনি হাযবা পার্লিযামেন্টকী নিযমগী হৌফম ওইবা চৎনবোম্না, প্রোভিন্সশিংনা লৈবিবা কঙ্গ্রেস সবকাবাশংবু মাইকৈপুম্বদা থিংই অমদি মনিং তমহন্দে। লেগু টৈনিযব সিষ্টেম (লম শিজিন্নবগী নিযম) হোংদোক্লবা অমদি লম শিজিন্নবদা লাকপা (ফংবা) ইনকমগী মথক্তা ইনকম টেক্স লৌনবা মখোয়না (প্রোভিন্সশিংদা লৈবা কঙ্গ্রেস সবকাবশিংনা) খজিত্তং হোৎনজক্লবা অদু ফাওবা আইনগী বায়েনশংদা মুকনৈ।

বেলওয়েগী মপু ওইবিবা লোয়ননা শিল্লিবা খুৎশা হৈবগী থবক, শেম্বুম অমদি সধাবণ হিংনবা পুন্সিবু লাকশিল্লিবা, লোয়ননা হিংনবা পুন্সিদা লোযবং খোংনাং শাবিবা, হৌজিক লৈবিবা ভাবত সবকাব শোসিয়েলিষ্টকী ওইবা মওংদা লৈ-লৈদুনা চথ্রাব, হায়বা কবিগুম্না ঐখোযদা হায। তৌইগুম্বসুং মসি ডেমোক্রেটিক ষ্টেট ওইনদি য়াম্না থিনা খেৎনমনখ্রে মীবৈবাক্কী মীনা মকওইনা শাসন তৌবগী ৱাফমদি পুমতোং তোঙানখ্রবনি। শেঞ্চাও-পায়বা কাংবুগী তৌফম থোকপা মতৌ, হেন্দোকপা যাদ্রবা লৈই মনুংদা থম্নবসু, নিয়ম অসিনা কান্নবা ফংফম থোকপবু হৌফম ওইনা ঙাকনি। তোপ তোপ্না তঙাই ফদ্রবা শকক খবা

নত্তনা, হান্নদগী হৌনা মশা মথক্তনা তৌরগা লোয়বে খঞ্জবা, অচাওবম কাবা লোয়লমগী নিয়ম মতুংইন্নদি শেন্থুমগী থৌবম পাংথোকনবা হোৎনবদা করিমতা নাচুংদে। মশা মতোমতগী ওইনা খনবা পোলিসি, মতম কয়াদগী হৈনবকপনা মতমগী মতুংইন্না লাকপা অওনবগী তঙাইফদবদু মশানা পাংথোকপা ঙমজদে, অহোইননা অথোবিটিবিযান ওইবা শাজৎ-অদুতবু কনখৎহল্লি লোযননা ফেসিষ্টকী (মশাগী মৈবেবাক্কী ওইবা) মওংদা অহোংবা লৈতনা চৎথৈ। ফেসিষ্টকী নিযম মখাদা, শেন্থুম চাওখৎহন্নবা শিনববু লাকথুনবা হোৎনৈ, মশানা লৈজববা প্রজাগী নিংতম্ববু থিংনবা হোৎনৈ, অনৌবা মওংদা খজিক হোংদোক্লগা মশানা হৈনজববা, মী অমতা শক্তি পায়বা লোয়ননা শেঙাও পায়বগী নিতি নিয়ম কায়দনা ঙাক্লবা লাকনৈ। খুৎসা হৈবগী থবক অমদি ইণ্ডষ্ট্রিবু কন্না নমথবগা লোযননা জাত্তি অমগী হিংনবা লম্বী কক্তুনা, মবন্নাই শুজ নোমজচবা হেন্না চাওখৎপা যাদনবা পনখৈ অমা থমদুনা, ফেসিজম চৎপা লৈবাক অমদা তৌবগুন্না, থায়নগীওইবা মওংদা, মীওই অমতনা সুপ্পুনা পানবা লৈবাক অমা ওইহন্নবা লাক্লবমই। সোশিয়েলিজমদগী মসি ওম্থোক্লা যান্না থাগৎতোকখ্রনি, তশেংনমক মীবেবাক্কী মীনা শাসন তৌবা লৈবাক অমদা শোসিয়েলিজমগী রাবী শাবা ওইথোক্লবনি। অসুন্না তৌনবা হোৎনবা অপিনা মাইপাকপা হৌনব্রা, নহাক্কী ওইবা রাখলনা (মওংদা) খনবা ফাওবদা চিংনিনিংঙাই ওই, মবম্দি মসিনা, লৌবিবা ঈনা হেনগৎহনগদবর্নি, তশেংবমক খুৎ থোক্লদুনা লান শোক্লবনা ইবাং অসিগা চান্নবা থবক ওইবক্নদবর্নি। বাজনীতিগী ওইবা ডেমোক্রেসিগা মরী লৈনদ্রবদি, মপুং ফাববা জাতিগী ওইবা ইণ্ডষ্ট্রিদা মসিমক তোঙানবা মওংগী মখলগা মাং তাকনবা ওই মবম্দি ইণ্ডষ্ট্রিনা লৈবাক্কী ওইবা মতমদা লৈবাক অদুদি প্রজাগী ওইদে (প্রজানা শাসন তৌবা লৈবাক ওইদে।)

শেন্থুম, লোন্দিন্নবা (তেংবাংনবা), খুৎশা হৈবা, লৌউ শিংউবা, কাংলুপকী ওইনা তোঙান তানবা, ভাবতা লৈবা ষ্টেটশিং মসিবু হান্না লৈনবা মওংগী, কোয়শিল্লবা অকেংখবা লৈই মনুংদতা ঐখোয়না শন্নবা অমুক্না মওং ওইবনি। নচ শন্থহৌদুনা ভাবতা ঐখোযনা অসুক তমগাবা অবনাশিংনা ইবানি। হাযবিবা ভমখৈগী মনুংদা লৌনবশং, মংফম খোকপা খুদাংচবা লোযননা অতৈগা মান্নদবা তোপ তোপ্পা ফীবম আস পুন্নমক অসি খন্নদ্রবদা, অরাবা কোকহন্নবগী পাম্বৈ লৈতে। ভতাক ভহাক্কী ওইবা খৌদোক নাম্থোকহন্নবা, ভতাক্কী ওইবা পাম্বৈ পুথোকপনাদি ওইবা ভহাক্কী ওইবা খৌদোক নাম্থোকহন্নবা, ভতাক্কী ওইনা পাম্বৈ পুথোকপনাদি ওইবা যাবোই, তুং কোইনা ভমলোই। হান্নগী ওইবা প্রোব্লেম লেপ্পা লৈতনা লাকলি, অহৌবা কযাসু হান্নগাগা লোযননা থোমজিল্লকলি। ঐখোযগী চৎনবা অমদি থাযনগী ওইবা হৈনবনা ঐখোযগী খোকহৈনবগা শবক অমা ওইবদি যাই অদুবু মক ওইবদি কাযথবকলবা নিংখাযবক্লবা ফাওবদা যেংদুনা লৈববা ব্রাটিশ সবকারগা যোৎনম কল্লবা থম্মোই অমদি লেংদ্রবা নিযম্না মক ওইবা নবর্মনি।

যানদবগী লাঞ্জাওনা, বাজনীতি, অর্থনীতি অমদি সমাজগী ওইবা ভাবতা লৈবিবা খেননবা কযাবু অকনবা খোন্নতনা লোযননা মথি ফোংহল্লে। বাজনীতিগী মতাংদা, ভাবতনা নিং তম্না কনাগীসু মশা পোন্দববু পন্দুনা কন্না চা নব, বাবী শাবা, মদুবু অসিগুম্না নিংতম্না কনাগাসু মশা পোন্দবব পন্দুনা কন্না চা নবি, ববি কন্না তৌনিংবমখৈ থিংনা, ভাবত মচাদা তোববইনা তৌজিক্তগী নংচে শাংলবা ইতিহাসনা শাক্লিনা, (মসিদগী ভসি হযো চেক্তা নাম্থোকপা যাবোই) মসি ভসি হযে লৌবিবমখৈ অসুম লৈবগদবনি। শেন্থুমগী মতাংদা ভাযবে বৃটাশ সবকাবনা তৌনিংবতা তৌবি, মথক্তা অমা লৈত্রবা অশুম্না ওইবি, চেনবা শেন্থুম চাওখৎহন্নবগী থৌবাং হেক ভমইবমখৈ যৈথনবা লাক্লাব। চাক তাংলি, লৈবাক শিনবা ঘুংনা রানাবি অদুগা মাইবৈ অমবোমদনা শেন কন্না খোমাজল্লি। লাইববগা ইনাকখুনবগা, কায়থবকপগা শাগৎপগা, তোখায তাবগা পুনশিনবগা, চানদ্রবা রাখলগা অনৌবগা — হিদান্নাব। অসিগুম্না রাববা কযাসিগী মবক্তা, কনানসু মুৎথৎপা থুদেকপা ভন্নবোইদবা থম্মোইনুংগী মযোন অমদি মবৈবি।

মপানগী মিৎযেংদদি ভাবতকী (খুৎ শা হৈবা) ইণ্ডষ্ট্রি চাওখৎপা অমদি ইণ্ডষ্ট্রি-পোৎথোকপু লাঞ্জাওনা থৌগৎলি, অদুবু কদাইফাওবা মসিনা অনৌবা ইণ্ডষ্ট্রি লিংখৎহল্লবগে হায়বা অদুদি চিংনিনিংঙাই ওইবি নত্রগা মসিবু, কুইববা ইণ্ডষ্ট্রিবু পাকথোক-চাওথোকহনবা হাযবদুবা নত্রগা শক্তম ওম্থোকহনবা হাযবদুবা। লাঞ্জাওগী মতমদা, ইণ্ডষ্ট্রিনা তৌবা থবক, উৎপা খুদম অদু হেনগৎপা লৈতবা উৎপদুনা তাকপদি ওইফম থোকপা খুমাং চাওখৎলকপা কবিমতা লৈতে হাযবসিনি। মতিক

চারবা য়েংশিনবশিং খরনা, তশেংনমক মোত পীবদি লাঞ্জাওগী মতমদা, ভারতকী ইণ্ডষ্ট্রি-চাওখৎফম থোকপবু ব্রিটিশকী পোলিসিনা তশেংনা নমথদুনা থমখি। মমিং চৎলবা ইকোনোমিষ্ট, টাটাগী ডিরেক্তর, ডাক্তর জোন মথায়না হন্দক্তা হায়খি, "ভারতকী ইণ্ডষ্ট্রিগী চাওখৎ খোংথাংবু লাঞ্জাওনা অঙকপা ফংনা হেনগৎহনখি হায়না খাইনা থাজনরিবা অসি চুম্নগী হায়জবা হায়বদুনি, শম্পৎনা হায়রবদা, ব্রাফম অসি প্রমান কয়া চংলবনি। ব্রাফম অসি চুমই হায়না লৌরবদা, হান্না লৈবম্বা ইণ্ডষ্ট্রি খবতনা, লাঞ্জাওগী দবকাব লৈবদু পীনবা পোখোক খবমখৈদি হেনগৎহনখি অদুগা লাঞ্জাও থোক্তিৗৈদগী হৌনা লৈববা লৈবাক অসিগী মক ওইবা ওইনা লৈবিবা ইণ্ডষ্ট্রি অয়াম্বদি লাঞ্জাওগী ইরাংনা হেনগৎলকপদা থবক লেপ্পখি নত্রগা মপুং ফানা থবক পায়খৎপা ঙম্নখিদে। ঐগী ব্রাখন্দদি, ফীবম অসিদা থোকপা কয়া চেকশিন্না চাংদম্নবদা ফংবদি কানাডা অমসু অষ্ট্রেলিয়ানচিংবা অতৈ লৈবাক্তা তৌবগা ইমান মান্নদবা ভারত্তদি লৈফম থোকপা চাওখৎ খোংথাংগী শরুক পুম্বা নমথখি, ব্রাৎখি। অদুগা তঙাইফদনা চংদবা য়াদ্রবা, শাফম থোকপা পোৎ, শাবা অমদি পীবা ঙম্বা শক্তি, পাঙ্গল, ভাবতকী মতিক চানা লৈ হায়বসি ঐ য়ানিংই।" বেককতা ইশিনবা ইণ্ডষ্ট্রিগী খোংচৎ য়েংলবদি, ঐহাক্না হায়বিবা অসি অবেপ্পনি হায়বা উগনি, লাঞ্জাও মমাংদা লৈবম্বা খোংথাংগী হান্না চৎলম্বা খোংচত্তা কায়দনা চৎলমলবদি অনৌবা ইণ্ডষ্ট্রি কয়া লিংখৎপা ঙম্বদা নত্তনা মযামগী ওইনা হেন্না য়াম্বা পোখোক পুথোকলমগনি। *

ভাবতকী লৈজবা (ইণ্ডষ্ট্রিগী) মপাঙ্গলনা শিংথাবা য়াবা খোংজেনগা লোযননা মহাক্কী শক্তি অদু পোখোক্কী থবক ওইনা উত্তনা, হেন্না কন্না থবক পায়খৎনবা খুদোংচাবা নুংঙাইবা পীবা অসিমক, চিংননিংঙাই লৈতনা লাঞ্জাওনা উৎলি। চেল্লিবা খোংজেনগী মাইযোক্তা অথিংবা কয়া পীববসু, শেন তান্নবগী লেংদ্রবা লেপত্রবা পোৎশক অমনা তানশিল্লকপগুম লাঞ্জাও মনুং চহি মঙাসিদা ভাবতনা চাওববা শেনফম অমা শাগৎখি। শাগৎখিবা শেনফম অদু শোযদনা পীবক্কদাব ষ্টাবটিং (বৃটিশকী লমদতা চৎনব্ব শেন) ওইনা লৈখিবনি, মতমদুদা ভাবতনা ফংখিবা নত্তে; মতম কয়াগী মতুংদা থিংজিনখিবা পীবক্তবা যাই হাযনসু হায়নবমই। বৃটিশ সবকাব অমদি ইউঃ এসঃ এঃ গীদমক্তা ভাবত সবকাবনা তৌখিবা খবচ অদুসু হায়বিবা ষ্টাবিং সেক্যুবিটি অদুদা য়াওবি। ভাবত্তা লৈবিবা মীশিং, লাকঙমদ্রবা মীয়ান্না চবা হেল্লিবা, চাকতাংলিবা, লাযনা লায়চৎ থোকলিবা, নিপানা নিপীগুম মথৌনা লৈবক্তিবা, খাংবা কনবগী শক্তি মযেং তাথহল্লিবা, চাওবা হকচাং ফবা থিলহল্লিবা চাবা ফংদবা অমদি লাযননা লাযপু ওইদুনা শিহল্লিবা পুম্বা অসিসু ষ্টাবটিং সেক্যুবিটিনা থোকহনবনি। (পীবকফম থোকপা শেন ফাজিনখিবা পীবক্তবদগী থোকপনি।)

শেনফম খবা তানশিলহৌবনা, ইংলণ্ডগী তোল্লম্বা চাওববা শেনফম ভাবতনা শিংদোকখি, অদু ফাওবদা ভাবত অসি শেন্দোনবা লৈবাক অমা ওইনা লৈবমই। থৌশাদবনা অমদি শিল্লাংবদা শোযবনা ভাবত্তা লৈবা মীশিংনা অকীবা ফংলবা অবা অনা নংলমই; অদুম্নদি ওইবগা তেল্লবা মতমগী মনুংদা ভাবতনা চাওববা শেনফম অমা তানশিনবা ঙম্লমই। চহি চামা হেননা

কল কাবখানা অমদি কল কাবখানগী মপাঙ্গল শক্তি পাকথোক চাওথোকহনবদা লাঞ্জাওনা ভাবতকী মপাঙ্গলনি হাযবসি, ১৯৪৫ গী মে তাং ৩০ দা লণ্ডন্দা ব্রা ঙাংবদা মিষ্টব জেঃ আবঃ ডিঃ টাটানা যানিংদবা ফোংদোকখি। "(কল কাবখানা) চাওথোকহনবদা নাইতোমতগী ওইবা কেশ খবা লৈবম্বদি যাই, অদুবু অপুনবগী ওইনা য়েংলবদি লাঞ্জাওগা মবী লৈনবা, খুৎ খুৎলাই নোংমৈ শাবা ফেক্টবি অমদি তোপ তোপ্পা কলকাবখানা নত্তনা অতৈ কবিমত্তা লৈবমদে। লাঞ্জাও থোকলমদ্রবদি প্রোজেক কয়া অমা শাগৎলমগদবনি। ঐনা লনাই খংজবা মতুংইন্না হাযববদা, চেক, য়োৎ অমদি অতৈ মেচিন্নবি কয়া ফংবা ওইথোক্তবনা প্রোজেক শাবগী থবক পায়খৎপা যাদবনি। লামুংদা ভাবত্তা ইণ্ডষ্ট্রি অমসুং শেম্ভুমগী ফীবম ফবমই হায়বিবা মীশিং অসি মতমদুগী অচুম্বা ফীবম কবিমতা খংদবা কাংবুনি।" মহাক্না অমুকসু হন্না হাযবমই, "অসিগুম্বা ইবাং অসি ঐহাক্না নমথগনি। লাঞ্জাওনা কান্নবা অমদি চাওখৎপা ভাবত্তা পুবকই হায়বিবা অসি খংদদুনা পংহায় হায়বনি। অম ওইববসু অমবু ওইববসু কান্নবা লমদা চাওখৎপা অমদি শেমগৎ শাগৎপা অমতা ভাবত্তা পুবকপা লৈতে। অহোইনদুম ভাবত্তদি থোইনা হেন্না চাং হম্ববকপনা হেল্লি। অওইবমক ভাবত্তা ওইবকইবদি অসিনি। লাঞ্জাও থোকপনা অমদি ভাবতনা মদুদা শকক য়াকুবনা চাক তাংলক্নুনা বেঙ্গলদা মী কোটি কয়া শিখি। ফীবোন তাংশিল্লকখি। শেম্ভুমগী ফীবম শাথিনা শোম্ভরকই হায়বসি মশানা ময়েক শেংনা উনবিবসি শেংলবনি।

বৃটিশনা শাসন তৌখিবা ভারতকীদমক্তা চাওখৎ থৌরাং করি তৌবীরম্বগে হায়বা অচুম্বদু মথক্কী ৱাফম অসিনা শেংনা উৎলি। ঐখোয়না তত্তনা তাবিবা অসিমগাই, বেল লম্বী, ঈশিংখোং অসিনচিবগী মতাংদা। ছীবম কয়াদা অথুবা খোংজং লৌদুনা চংশিল্লকপা ভারতকী তৌবা ঙম্বা শক্তিবু উৎলি। অসিগুম্বা কয়া য়াংশিল্লবা ভাবতকী খোংজংবু হুলানবা ফীবমদা থৌশাবীদ্রবা অমদি ভারত্তা হৌরকইবা খুৎ-শা হৈবা ইণ্ডষ্ট্রিগী চাওখৎ খোংথাংবু নমথনবতা লাক্কবনা মশিঙ্গাং ওইরবা মপান লমগী শাসন মখাদা লৈরবদা, মনিং তম্বা জাত্তিগী ওইবা সবকাবগী মাংজৌননা খন্ন-নৈনদুনা পায়খৎলকপা চাওখৎ থৌরাংনা চহি খরগী মনুংদা মপুংফাবা শকফম ওল্লকপা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি।

হৌখ্রবা মতমদা, মফম অসিদা অমদি অতৈ মফম কয়াদা, সমাজগী ওইনা চংশিল্লকপা খোংজংনা মযেক শেংনা উৎলিবা, অচুম অবানগী অবেপ্পা ৱাখলনা, হৌজিক ওইবিবা ভাবত্তা অর্থনিতি অমদি সমাজগী ওইনা, পায়খৎলকলিবা মওং অসি ঙকনিংঙাই ওইববা বৃটিশকী শাজৎনি। মখোযনা ভাবত্তা পাল্লিগৈদা মখোয়না তৌবা থবক্কা, চহি চা-কয়াগী মমাংদা ওইবম্বগী অহোংবগা অনিগী খেননবা অসি মখোয় মশানা চুম্মে হায়না মশানা য়ানা চাংদমজবৈবনি। কল কাবখানাগী অহোংবা খোংজং লোয়ননা হেয়া মক ওইনা হৌখ্রবা চহি য়াম্খৈগী মনুংদা পাক শন্না চাওখৎলকলিবা খুৎ শা হৈবগী খোংথাংদা হিংদুনা লৈবগী পুন্সিদা মপুং ফাবা খোংথাং অমদি ফীবমগী অহোংবা অমা পুবকইবা অসিগী অচুম্বনা, মখোয়না ভাবতকী মবমদা খল্লকপা মতমদা, খব মখৈ মখোয়বু পুক্লিং লৈতাহল্লি। মফমসিদা মখোযনা খোংদাবকপদা ভাবত অসি লৈকংলা নত্তে লৈহাও চেন্দবা লম নত্তে খংখিবদু হৌজিক মখোয়না কাওথোকই; মদুদসু নত্তনা চাওখৎপা য়াবমখৈ চাওখৎলম্লবা কলচব মপুং ফানা লৈববা জাত্তি অমা ওইবম্বদগী হৌজিক চাওখৎপা লেপ্লবা, খুৎ শা হৈবগী লমদা শোংথবকলর্বনি হাযবসি ফাওবা মখোয়না খংশিন্নদে উশিন্নদে।

অসুম্না চাংদম্লবকপদা কবম্বা থাক অমদি কযা যাম্বা মমল ঐখোয়না লেপ্পা তাবগে ? চহি নিপানগী মনুংদা, মখোয়না পামজবা মতুংইন্না জাপান্না মাঞ্চুকৌবু অৱাংবা থাক্কী কলকাবখানাগী লমদম অমা ওইহনখিবা; মীবোন কয়া বৃটিশনা হোৎনববা মতুংদা ভাবত্তা থোকপা কযলাগী চাংদগী মফম অদুদা (মাঞ্চুকৌদা) পুথোবকপা কয়লানা কবম্না হেনখিবনো ? বৃটিশকী লোযলম অপুম্বদা থোকপা পোৎথোক্কা কোবিযাতদা থোকপগা চাং তম্নবকই।* মসিগী মথক্তা, মীনায ওইবা, নুংশি হৈতবা, তমথীবা, হম্ববা মিৎয়েংনা য়েংবা ওৎ নৈবা অমদি জাত্তি অমগী ওইবা মীওইশিংগী মপুন্সি মাংহন্নবা হোৎনবা তেনগৎতবা নত্তে। মীখা পোল্লবা মীওই লোয়ননা জাতি অমগী মীওইশিংবু হৌন লোনচৎ যাওদনা তুহৎপদগী কন্ননবা অমদি কংনবগী অনৌবা বেকর্ড কয়া নাজি অমসুং জাপানশিংদা থমখ্রবা। কয়াদা তর্মথনা বৃটিশনা ঐখোযবু ওৎ নৈবগে হাযবদু তত্তনা

* নিউ ইয়োক টাইমসকী পাওমী ওইনা লোংলোক লমদা চহি কয়া চুপ্পা লৈবম্বা হেল্লেত এবেণ্ডনা, মহাক্না ইবা পেসিফিক চার্ত্তব (১৯৪৩) দা হায়বমই, "থবক্কী লমদা জাপান্না কোবিযাদা শিংথানবা য়াবা থবক কয়া তৌখিবা, জাপানগী যজ্ঞববা পৌশিল শিংথানদবা ঙমদে। মখোয়না থবকশিং অসি লৌখৎলকপদা লৈবাক অসি অমোৎপনা থল্লমই, হকচাং ফৎনবমদে, অকীবা ফংনা লাইব-চুতৎনবমই। চীং পুম্বা ইকোক কোকলমই, উ ৱা ইকোক কোক্লমই, তমগী লম পুম্বা গৈহাক লৈতনা ঈশিং থুমলমই, অফবা লম্বী অমতা লৈবমদে, লাইবিক তমদবনা চৎনবী ওইবমই, টাইফোইড, লাইথোকপা, পুকচৎপা, ইতোন ফাইবা অমদি প্লেগকী লাইচৎ চহি খুদিং থোকলমই। ঙসিদি চীং পুম্বদা উ বা নিংথিনা থাম্রে, বেল লম্বী, টেলিফোন, টেলিগ্রাফ শিংথানবা যাবা মওংদা শেমগৎ-শাগৎনম্রে; পব্লিক হেল্দ সার্ভিস (প্রজাগী হকচাং লাইযেংশং) মতিকচানা লিংখৎশ্রে; অফবা শোবোক থগ্না শেমশ্রে, ঈশিং ইচাও থিংনবা, লৌখোং-ইথৈ শেমগৎ শাগৎনবা লৌখৎপা থৌবাংনা মবাং কাইনা পোত্থোক হেনগৎহনশ্রে; অফবা তিগাংফম, মফম চানা শাগত্তুনা চলাযবা হৌশ্রে। লৈবাক অসি অসুপকী মতিক চাওখৎশ্রে, হকচাং ফবা লৈবাক অমা ওইশ্রে, মদুনা মবম ওইদুনা ১৯০৫ দা মীশিং ১১,০০০,০০০ ওইবম্বদুনা হৌজিক ২৪,০০০,০০০ হেনগৎলকলে; চহি চামগী মমাংদা ওইবম্বা যুম্নান কৈবানগী চাং অদু হৌজিক্কা চাংদম্লবা যাবগী ৱাংমদা, হেনবা য়াবমখৈ ফবা হেনগৎশ্রে।" অদুম্নদি ওইবগা মিষ্টব এবেণ্ডনা থিন্দুনা মনুং হুৎনা হাযবম্বা অমনা থবক্কী লমদা অসুক নিংথিনা পাযখৎলকইবা চাওখৎ থৌবাংনা কোবিয়াদা লৈবা প্রজাগী ওইজবা কান্নবা পুবকপদি নৎলমদে মসিগী হেয়া কান্নবা শেন্দোংদি জাপান্দা চৎখি।

ঐখোয়দা হায়গ্রবনি ঐখোয়বু নিংশিংহনগ্রবনি। মসিবু নৌহৌনা চাংদম্নবা অমদি চাংদম্নবগী অরেপ্পা রায়গী তাংকক লোয়ননা চাংদম ওইরিব্রা ? ভারতদি ঙসি ফাওবা ৱাখলতনা মপুং ওইরে; পুক ফত্তবা অমদি শুদৎপগী মহৈ, পুম্নমক্না খংনরবনি, মরমদি মসিগা মরী লৈননা মসিগী মায়োক্তা হৌরকপা প্রজাবু তাথিনা তৌবী মসিনা মরম ওইদুনা তুংদা ফগৎলকপা চাওখৎলকপগী মমি শামগ্রে, মুৎগ্রে। হিংদুনা লৈবগী নুংঙাইবা অনৌবা পুন্সিগী খুদম, লৈফম থোকপা লৈমাইগী লৈরোম্নুংদা লুনা নমথদুনা থমগ্রে লোয়ননা খ্বাইনা খংনদ্রবা, অরোনবা থৌশীন অমদি লেপ্পা লৈতনা ইরোম্নুংদা শান্নরি। লুচিংবশিংনা লুতোন্দতা থবক পায়খৎলি, হৌখিববু খন্দবা, হৌ হৌ চোংবা প্রজা খরগী, ৱাখল লৈতবা, মশক নাইদবা ইথিন্না হায়রিবা লুচিংবশিংসিবু তোপ তোপ্পা তোঙানবা মাইকৈদা হোয়দুনা পুরি।

# তরাশুবা পন্দুপ

## নিপানশুবা তাংকক

# ভারতকী চাওখৎ খোংথাং থিংবা

মীওইবা অমগুম্না জাত্তি অমগীসু মশাগী ওইবা মগুণ কয়া'মা লৈ; লোয়নন পুন্সিদা মাইপাক্লা মিংচৎ উবোং খিল্লম্নবগী লম্নী কয়া'মসু লৈ। তোঙান তোঙানবা গুণ কায়বু লিচিং অমতা ওইনা পুম্না শীজিন্নবা, মতিক চানা কল্লবা, কয়াৎকী (হকচাং কয়াৎকী) মপাঙ্গল লৈবগুম্না মপাঙ্গল লৈবর্বাদ মদু ফববনি; নত্তদুনা হায়বিবা গুর্ণশিং অদু অমগা অমগা তিন্নবা যাদদুনা তোখায় তানববদি মদুনা পুম্নমক খাযবুং খায়বুং তাহন্দুনা খুদোংথীবা থোকহল্লি। মহৌশাগী ওইবা, অতৎপা লৈতবা মতমপুম্বাদ পুনশিলহন্নবা নিয়ম অমগী মখাদা চথবি লোয়নন পুম্নমক মান্নবা চাংদা লৈনবা শিল্লি। মহৌশাগী ওইবা নিয়ম মখাদা চংশিল্লকইবা চাওখৎ খোংথাংদা অপনবা অথিংবা পীবমবা নত্রগা কবি কবিগুম্বদা, লায়না পুর্নশিলহনবা যাদ্রবা অহোংবনা তত্তনা থোবক্লবা অদু ওইববদি, তোঙান তোঙানবা গুর্ণশিংগী মবক্তা য়েংনবা লৈনবনি। খৎনবা অমদি তোখাই তোখাই তানবা, ঐখোযনা, ঐখোয় মশেন শেমজবা কুবাংবান মখাদা ভারতকী ওইবা রাখল অমসুং মবিংজেল, অমদি মতম শাংনা, থিংদুনা লৈকবনা, অসিগুম্না খৎনবা তোখাই তানবগী যুম্ফম অমা লিংলর্বানি। সমাজ অমনা লেংদনা লৈদুনা চাওখৎ লমদা তত্তনা চংশিল্লক্লবদি সমজা অদুগা পীক্লবসু চাওববসু নিযম অমগী যুম্ফম লোযননা, চংশিল্লকইবা চাওখৎ খোংথাংগী খোংজং অমা লৈবর্বানি। অনিমক দবাক ওইনা উই। চাওখৎ খোংথাংগী খোংজং লৈত্রবদি অবেপ্পা নাইবক্কনি লোযননা কাংখথাং ওইবক্কনি; নিযমগী অবেপ্পা যুম্ফম যাওদ্রবসু পুম্নমক মচোয মচোয় তাগনি লোয়ননা উফুল তানা কাযবক্কনি।

অহোংবা লৈতবা, মহৌশাগী ওইবা, পুম্নমক্কী হৌবকফম মকোক ওইবা, 'পুম্নগী হৌবকফম ওইনা চৎনবোল নিতি ভাবত্তা, কুইববা মতমদগী হৌনা থিজিন শুমজিন্নবকলি। অদুবু মপানগী ওইবা হোংবা লায়ববা শক্লোন, লোযননা মীওইবগী পুন্সি (পুন্সি অমগী মনূংদা ওইবা মীগী মগুণ) অমসুং অহোংবা পৃথিবীগী শক্লোনবু থাগৎনবা লেপ্প্রর্বাত্ত্র অমসুং লৈবকলি। জাত্তি অমা মুত্তনা, তেক্ত কাইদনা অমদি লেংদনা লৈবগী মতাংদা মতম পুম্নদা যানববসু মথক্তা হায়খ্রিবা যুম্ফম ওইববা চৎনবোল নিযম অনি অসিগী মখাদা লেংদ্রবনা চাওখৎলবা সমাজ শেমগৎলি। চহি কযাগী মতুংদদি মপানগী ওইবা অহোংবা নাযববা শক্লোন মমি শামথবকই, মুৎপা মা বা লৈত্রবা মতম চুপ্পদা ইচুমদা চুন্নবা নিতি নিযমগী মমিংদা সমাজ শেমগৎ শাগৎপবু কনশিনহল্লি লোযননা হোংদোক হোংজিন লৈহনদে। থোযনা হেন্না শেংনা চুম্না হাযববদা, অহোংবা ইবৈ লৈতবদি নত্তে হায়বদি লেপ্পা লৈতনা খজিক খজিক অহোংবা ইবৈ লৈতবদি নত্তে হায়বদি লেপ্পা লৈতনা খজিক খজিক অহোংবা নাযবা ঙাক্লি। মহৌশাগী ওইনা লেপ্তুনা হোংবা নাযবা অসিদা মশাগী ওইবা পান্দম নিয়ম লোয়নবা পনখৈদি হোংবা লৈতে। যাম্লবসু যামদ্রবসু নিংতম্বা কাংলুপ, পুম্না পানবা যুম্বানগী ইমুং অমদি মশানা নোমজদুনা শিঞ্জদুনা মপুন্সি লেনবা কাংলুপ, খুঙ্গং শিংদা লৈবিবশিংগী লৈজবিবা অপুনবা রাখলনা খুন্নাই অসিগী মক ওইবা মখোং যুম্বীবেন ওইবি। অশোযবা, কাযবকপা থোক্লা থোক্লা সমাজগী অমদি মীওইবগী মহৌশা ওইবা নিযম মতুং ইন্না লৈত্রবা যাদ্রবা চংদ্রবা যাদ্রনা কযানা লেংদনা লৈতবনা তিংদুনা লৈবিবা মখোয়শিং অসিনা অসুক কুইবসি খাংলকইবনি। হাযবিবা চংদ্রবা য়াদ্রবা কয়া অসিতনা কাংলুপ, খুৎপু অসির্গী ঙাকশেনবা লোয়ননা তেক্তা কায়দবা পুবকইবনি; অমদি নিংতম্বগী রাখল লিংজেন পুবকইবনি। সমাজ অমদা লৈবিবা ঙাক্লা চৎনবিবা, মীয়ামগী মবক্তা লৈনবিবা মবী কাযদনা লৈবা মবমনা কাংলুপ ওইবা কাংবুনা হিংনর্বিবানি; খ্বাই পুম্বনা ঙাক্লা চৎনবকইবা পান্দম (য়ানববা উদেশ্য) ঙাকপদা নত্তনা পাঙ্গল, লৌশিং অমদি তৌবা ঙম্বা শক্তি লোয়ননা মশাগী ওইজবা থাদোকপগী শক্তিনা কাংলুপকী ওইবা খুদোংচাবা লেংদনা ঙাকলি। আইন্না পীবা খুদোংচাবা মুক্লবনা উদেশ্য-পান্দম পুবকপা

নত্তে; কাংলুপকী মনুংদা অমদি তোঙান তোঙানবা কাংবু মরক্তা অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা মকওইবা, লাঞ্জাও থোকহনবগী মহুত্তা ইংনা ব্রাত্ত পাদনা পান্নবা ব্রাখল খন্দুনা মাগী মাগী মথৌ নিংবা থুংনা পাংথোকপা লোয়নননা অমগা অমগগী মবক্তা লৈনবিবা থাজনবা, নুংশিনববু ঙাকপনা উদেশ্য পান্দম পুরক্কদবনি। সমাজগী ওইনা লৈরিবা নিয়ম, শেমদোকপা, হোংদোক হোংজিন তৌবা য়াদ্রবা মতমদা নিংতম্না ব্রাখল খলহন্নবা পাঙ্গলদা পনখৈ অমা থোকহল্লি।

ভাবতকী সভ্যতানা তৌগে নিংইবা অদুক চাওখৎ থৌবমগী লম্বীদা চংশিল্লকই; অদুবু অকোইবদা লৈবিবা পাঙ্গলনা হোংদোক হোংজিন ঙমদবা য়াদবা মখৈ অমা লৈবনা অবেপ্পা চাংদা লেপ্তুনা মতম শাংনা, শেমদোকপা য়াদবমখৈ কন্না মখোং-চেৎনা লৈমনখিবনা সভ্যতাগী পুন্সি (নোংম নোংমগী) হন্থবকই। হৌবকফম য়ুম্ফম ওইনা লৈবা অসি খ্বাইনা যানববসু মসিবু থিজিনবগী থবক্তা লেপখ্রবদা, লেপ্পা লৈতনা হোংই-হোংবা নায়; হায়বিবা হৌবকফম ওইবিবা নিয়ম অদুগী মশাগী তৌফম থোকপা হোংবা খোংথাং খুদিংদগ্মানা পোক্লকপা নুংঙাইবা ইথিন লোয়নননা অবেপ্পা অচুম্বা অদু মাংথবকই। অচুম্বা, ফজবা অমদি নিংতম্বা ময়েং তাথবকই লোয়নননা অকীবগী মশক ওইববা নিয়ম মখাদা ঐখোয়না ফৈদি ওইবকই।

হিবম খুদিংদা ভাবতনা শোখহৌই, হৌজিক মতমগী ওইবা নোংচুপ হাবম্না লাকশিল্লকলি, কা হেন্না চংশিল্লকলি। অকনবা শক্তিগী খ্বাইনা পান্নবা শক্তম পুবি। অহোংবা লৈত্রবা, মহৌশাগী ওইববা, অচুম্বা অবেপ্পা নিয়মগী মবমদা, কবিমতা খন্দনা অহোংবা নাইববা পৃথিবীগী ইবাংগা লোয়নননা তাওমিন্নবি। তৌফম থোকপা মথৌ, ঙাকফম থোকপা অমগা অমগগী লৈনবিবা মবী, কবিমতা খন্দনা মশাগী ওইজবা কান্নবা অদুতমক ফংনবা তান্নবি। তুংদা ওইবক্কদবা থবক্কী মহৈ ফল খন্দনা, হৌজিক্কীদ ওইববা ফীবমদা হিংনবা, মশাগী শক্তি তাল্লবা অমদি লোয়চনশিন্নবা কন্না হোৎনবি, চংশিল্লি, থিজিল্লি। মসি পুম্নগী মবমদি লেপ্পা নাযদনা হেনগৎলকপা শক্তি লৈশিল্লকপা, চাওখৎলকপা অমদি হিংদুনা লৈবা পুন্সি মপুং ফাবকপননি, অদুবু অসিগুম্বা পুন্সি অসি মৎ কাববা লোয়নননা মৎ কাবগী চাংনা লেপ্পা নায়দনা হেন্‌গৎলকপা পুন্সিনি।

ভাবতকী সভ্যতানা লৈতাবম্মবসু, মশাগী লৈজবতদা খঞ্জবমলবসু অমদি মতোমতা পেন্দুনা লৈজবন্মবসু মকতবু শুল্লন্নবদি, হৌজিক্কী নোংচুপ হাবমগী সভ্যতানা, চাওবা, মবম ফাংনা, মবোন নাযনা, পাংথোকইবা থৌদাংগা লোয়ননা শিংথাবা য়ানা মমাই পাক্লা নত্রগা পুন্সিগী লৈত্রবা য়াদ্রবা ফীবেপ লেপ্পা, শক্তম উৎপা যাবমলোযদবনি। খৎন চৈনবনা তওনা থোকলি, মতম মতমগী ওইবা পাক্লা শন্না মাং তাকপা থোকলি। মসি পুম্নমক অসি কবিনো হায়বা ঐহাক্লা হায়বা ঙমদ্রবসু চাং হন্থনবা লেংদ্রবা ফীবম অমা পুবকপা ঙমদ্রি, হিংদুনা পানবগী চংদ্রবা য়াদ্রবা নিযমগী অর্থ ফাওবা ব্রাৎপগুম তৌবি। অদুমকপু পাঙ্গল লৈবি, হিংনবা শক্তি ব্রাৎত্রি, ঙক্রুফম ওইবি, সভ্যতা আশা লৈবি।

নোংচুপ হাবমগী লমদগী তমজনফম ওইবা কয়া লৈ; মতমগী চুনববা লিংজেনগী শক্তম ওইবিবনি; ভাবত অমসুং চীনামক্লা তমজবা যাবনি। অদুগা নোংচুপ হাবমগী লম ফাওবা তমগদবা কয়া'মা লৈবিবনি; মতম মতমগী অমদি লৈবাক পুম্নদা পোকপা, ব্রাখল লৈববা মী ওইশিংগী মবৃদ্ধি লৌশিংদা চুশিল্লবা, মী ওইবগী পুন্সিগা মবী লৈনবা কান্নববা জ্ঞান লৈবা ঙমদ্রবদি মখোযগী খুৎশা হৈবগী জ্ঞান্না খোংফম কযা চংশিল্লক্লবসু মদুনা কান্নবা কবিমতা পুবকপা ঙল্লোই।

ভাবত অসিনা লৈতানা লেংদনা লৈববনি; অদুবু চাওখৎ খুমাং চাওশিন্দনা অহোংবা কবিমতা লৈতনা লৈ হায়বদি, হাযবদা অবানবা ওইগনি। কবিমতা অহোংবা লৈত্রে হাযবসি অশিবগা পাংখকনি। অব্রাংবা থাক যৌনা চাওখৎলবা জাতি অমগুম্না ভাবতনা হিংদুনা লৈবিবা অসিনা, অতৎ-অথম নাইদবা মতমগা চুননা ভাবতসু লেপ্তুনা চংশিল্লি হায়বা তাকলি। বৃটিশনা ভাবত্তা লাকপা মতমদা, খুৎশা হৈবগী লমদা খজিক হন্থববসু লল্লোন-ইতিক্তা চাওখৎলবা, পৃথিবীদা লৈবা জাতি কয়াগী, মবক্তা ভাবতসু অমা ওইবমই। খুৎশা হৈবগী অহোংবা হেনগৎলকপা লেপ্পা লৈত্রি, নোংচুপতা লৈবা লৈবাকশিংদা অহোংবা লৈবকপগুম ভাবত্তসু লেপ্পা লৈতনা হেনগৎলকলি। অদুবু সাধাবণ চাং য়ৌনা চাওখৎকদবা অদু বৃটিশকী শক্তিনা নমশিন্দুনা থমলে। খুৎ-শা হৈবগী লমদা অপনবা থোকহনবনা সমাজগী চাওখৎলমদসু অথিংবা পীবে। মশাগী অশেংবা

মতিক ময়াই লৈজদ্রবা, মশাগী ওইনা খবত লৈজবা মপাঙ্গলতদা তাংজদুনা লৈববা, থাগৎ রাহৈ শীজিন্নবতনা মশিঙ্গাং ওইববা, কাংলুপ অমদি কাংবু ওইববা মকপ ওইবা অঙম্বদা (অচৌবা জাত্তিদা) শক্তি পুম্বা লাম্থোকখিবনা, সমাজশিংগী মবক্তা অমগা অমগগী মবী লৈনবা, সাধারণ ওইবা লৈফম থোকপা, শক্তি লৈহনবা ঙমদ্রে লোয়ননা তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিংবু চপ মান্নবা চাং অমদা থম্বা ঙমদ্রে। লৈঙাকপদা মকওইবা থবক পাযবিবা মী খুদিং, অমদি কাংলুপ খুদিংনা, কান্নবা থবক অমতা তৌবা ঙমদ্রে, মপানগী ওইবা শক্তি পাযবা মীবৈবাক মচানা মখোয়বু চাওহনবনা, মখোযনা থবক পায়দুনা লৈনিংলিবনি; মবম'সিনা চাওখৎচগদবা ভাবত মচাশিংগী মপুন্সি মবেন অসি কুবাংবান্দ মঙাইবে মথিবোং যাওদ্রে হামলে। মপান লৈবাক্কী ঙাক-শেন্নবা মতেং মখোয়দা পীদ্রবদা, লৈবাক কযাগী অনৌবা শক্তিনা ভাবতমচাশিংবু নাকন্দা ইম্থোকলকপা তাবান; মখোয়গী মথৌদাংদি মমাংঙৈনা লোযখিদুনা ইতিহাসতা ইথৌবতা মঙাইবনি। মখোয়, মপান লৈবাক্কী শক্তিনা ঙাকপা চরু রাইকনা শাবা লাইগুম্লবনি; মসিনা মবম ওইদুনা, মতমগী ওইবা শক্লাইববা জাত্তি কয়াগা লৈনবা মবী কক্কুনা থাম্না লৈবা তাববনি। চৎনবী মতুংইন্না ভাবতমচাশিং অসি কান্নদবা কাংখথাং অমা ওইনা খন্দোকখাক ওইহনবা তাবনি নত্রগা লাম্লৌদুনা অমদি ডেমোক্রেটিক ওইবা নিযম মখাদা তেন্না চুনগদবা মাইকৈদা চংশিনবনা চুম্লবনি। মপাল লৈবাক্কী (মীবমলেনগী) মখা থাদুনা লৌবিবা অদুক, চাওখৎকদবা লৈত্রবনি। তৌখ্রবা মতমগী ওইবা রাফম কয়ানা ভাবত অসি মফম মবাং খংহন্দবে; অচুম্বা অহোংবা কযা পুবক্কদবসু শাজিন্নবা কুবাংবান্না কুপশিন্দুনা খংহন্দনা থমলে। মীযামগী যানবা থাক নত্রগা সমাজগী মবক্তা লৈনবা মবীগী শক্তি অচুম্বদু শেমগৎ শাগৎপা লৈত্রে নত্রগা অচুম্বদু চমহনবা ঙমদ্রে; চুমদ্রবা কান্নদ্রবা থৌবম্না নমদুনা কান্নবা ওইহল্লে।

চাওখৎ থৌবাংবু থিংজিনবা লোযননা মতমগী মতুংইন্না তৌফম থোকপা অওনবা পুবকফম থোকপবু বৃটিশকী অঙম্বনা থিংজিন্দুনা থম্বনা ঐখোযগী অন্দোলনগা থৌদোক কযা অসি ঙসি থোকইবনি। মপানগী ওইনা মতেংবু যাওদ্রবদি ভাবত্তা লৈবা নিংথৌ নিংথৌমচাশিংগী বাফম অসি যানবা অমা লাযনা পুবকপা যাগনি। কবিসু লৈতনা থবক অদু মফম পুম্বদা, অবাযবা ওইহন্দ্রে থোযনা হেন্না লুহল্লে। মসিগী মতাংদা শকুম কযা অমা লৈখ্রে; হৌখ্রবা অমদি তৌজিক্কী ওইবিবা মতমদা নসিগীদমক ঐখোযনা মবাল শিবা তাবনি। মসি পুম্নগী অমদি অতৈ থৌশিন কযাগী মকমদা, হৌজিক ওইবিবা শেম্বুমগী ফীবম লোযননা ভাবত্তা লৈবা মীযামগী রাজনীতিগী ইথৌবু হেক ঙমইবা মখৈ ঙাকথোকনিংবা বৃটিশ সবকাবগী অপাম্না (আশা) অমদি লৌব; মসিনা মবম ওইদুনা, হৌজিক তৌজকমক অমাদ ওইবিবা ফীবমদা, সমাজগী মবক্তা শোৎথনা লৈবা কাংলুপপু সৌগৎলি অমদি ঙাকশেল্লি। রাজনীতি অমসু অর্থনীতিগা চাওখৎ খোংথাংবু খুদক্তা থিংজিনবদা নওনা অযেৎপা কাংবু অমদি ওইজবা তানবা কাংলুপকী অপাম্না অযাবা মতুংইন্না পাযখৎলি; খুদোংচাবা লৌবশিংনা য়াববতদা অমদি মতুংগী থৌশিন শিল্লকপদা মখোযনা হাযবিবমখৈ য়াবা কানবনা পাববতদা পৃম্নমক লৈন যোন্নবগুম লৌখৎলি, অসিগুম্লবা অকীবগী মশক ওইববা খুদোংথীবশিংনা, অশেংবা অহোংববু অমদি চাওখৎ খোংথাংবু থিংজিন্দুনা থমই। মসিপুম্ববু নমথবদা, পাঙ্গল অমসু অঙম্বা শক্তি লৈনবা অনৌবা সংবধান অমা শেম্বা তাবনি, অদুগুম্বা সংবিধান অদু মশাং লাকঙমদ্রবা প্রজা মীযামগী আনংবা আশা থুংহনবদ নত্তনা কাংলুপ অমগা কাংলুপ অমগগী মবক্তা লৈনবা অপুনবা মবীগী, শক্তিগী, মাম সংবিধান অদুদা তাহনগদবনি। ভাবত্তা মপুং ওইনা শোযবা অমনা, চংগীদমক্তা, বৃটিশনা নত্রগা ভাবত মচা কযা অমনা ফাওবা অপাম্বা আনংবা অদু পুথোক্লদুনা সংবিধান শেন্নকপদা হৌজিকমক লৌববা সমাজগী তৌবা ঙম্বা শক্তিবু থৌশাদে, লাইথোকই, লোযননা চাং নতম কইনা শাংনা নমশিল্লুববা হৌজিত্তা কাংখোনকইবা, খোযনা তেন্না দবকাব লৈববা, চংদবা যাদ্রবা নতাং কযাসু কাওথোকই, ঙাসিমক তশেংনা মবা তৎনথ্রবা নমাংঙৈগী ওইবা মাংখ্রবা মতাংদা যুম্ফম ওইববা গুকুমব শেমদোকপ শেমজিনবা যাববোইদৌবা মওংদা শেম্লগা সংবিধান্দা হাপচনবা লাক্লবি।

বৃটিশকী সিফাইনা খুদুম চনবা, ঙাকপা, লোযননা মসিবু . . . . . শেমবা পোর্লিসিনা, ভাবত্তা যুম্ফমগী অচুম্বা অশেংবা . . . . । পোর্লিসি অদুমক তোঙান তোঙানবা মওংদা ফোংদোকলি; . . . . , থাজদবা লোন্দা কযানা ইতৎতওনা কুপশিন্দুনা থমলি; অদুবু মমৈথংদদি লাম্নীনা ওইবা গাইসবাযগী শাসন মখাদা মসিবু . . . . ফোংদোক্লি। সিফাই লাম্নীনা লৈঙাকপবু বৃটিশনা মতেং পীবা ঙমইবমখৈ আসগুম্বা লৈঙাক অসি চখৎহনখিগনি। অদুম্নদি ওইবগা সিফাইগী শক্তি শীজিন্নবদা

তোপ তোপ্পা পনখৈ খবদি লৈগনি। য়েংথিনবা কাংবুগী কান্নবা মাইকৈদা চংশিনববু, মসিনা পুবকপদা নত্তনা মসিবু কা হেন্না থাজজবা কাংবুনা অমুক্ত খন্দবা অদুগুম্বা মহৈ-ফলবুসু মসিনা থোকহল্লি।

নম্ফু লৈঙাক্কী মহৈনা, ভাবতকী চাওখৎ খোংচৎপু থিংলি, লোয়ননা ভাবতকী চাওখৎ খোংথাংদা অপনবা পীবি। ভাবত্তা তৌবিবা বৃটিশকী শাসন অসিদগী কান্নবা চাওখৎপা কবিমতা লৈতে; অহোইনদুম মসিনা ভাবত্তা লৈবা মীবু ৱাহনবা হেনহল্লি হায়বসিমক খ্বাইদগী চুম্লবা ৱাফমনি। মীবৈবাক মচাগী লৈঙাক্লা মখোয়গী মখা পোনবা মীওইশিংগী শেমগৎ শাগৎপা, নুংঙাই যাইফববু মাংহল্লি হায়বসি চুম্লবনি। মীবৈবাক মচাগী শাসন মখাদা মখোয়গী অর্থনিতি অমসুং চৎনবোলনা মখোযগী মখাপোনবা মীওইশিংগীগা থিনা খেননববা অমদি হায়বিবা পুম্নসি জাত্তি তিন্নদবনা অমুক চেৎশিলহল্লবা মতম অদুদা মপুংফানা কাযনবা মশানা তাবনি লোয়ননা মদুনা মখা পোনবা মীশিংগী ৱাখল, (ধর্ম্মগা মবি লৈনবা ৱাখল) জাত্তি অদুগী চৎনবোল মযেং তাথবকপা তাবনি। অসিগুম্বা লৈঙাকলোনবু তোঙান তোঙানবা মওংদা মাইযোক্লবতনা জাত্তিগী চাওখৎপা শেমগৎ শাগৎপদা খ্মাং চাওশিনহনবগী শক্তি পুবক্লবা অমতা ঙাইববা শেংলবা উদেশ্য ওইগনি; অদুবু অসিগুম্বা উদেশ্য অসি মশানা পনখৈ নাযবা তাবনি; হেক যেংবদদি মসি ৱাখল পীকপা মশাগীত যেংবা ওইনা উই। হাযবিবা মাইযোক যাবা অসি, মখোযবু ঙাকশেল্লিবা লৈঙাক্কী পবিবাববু থিনগায থুগাযহন্নবা তৌগৎলকইবা অমসুং তেনগৎলকইবা পাঙ্গলগী, ভাব তানা নত্রগা তাদনা পুবকপা মহৈ অমসুং শক্তি ওইহনবা তাবনি। মদু ওইববতদা চাওখৎপা পুবকপা ঙম্বা, শোয়দ্রবা মাইয়োক্লবগী শক্তি ওইগদবনি। ঐখোযগী পুন্সিগী তশেংনা তৌদবা যাদ্রবা হীবম কয়ামকমগা মপুংফানা মবী লৈনহনবদা, খুদুং লিবা য়াবা খুববা অমতা ঙাযববা অমদি মুৎলি মুৎলিববা লিখুন ওই। চনৈনবা, অবেপ্পা লৈত্রিঙৈগী চোযজাযনববা ৱাখল, ঙম্মবোইদবগী অকীবা ৱাখল পুম্নমক হেনগৎলকই লোয়ননা খনবদা চমন্নহল্ল, অপুনবা কাংলুপ অমা শেমগৎপগী মাম শামহল্ল; অদুবু পেন্দবগী খোল্লাও অমদি মহৈ মহৈ হায়নবকপা ৱাহৈ ৱাতাতনা অশেংবা তৌফম থোকপা থৌদাংবু থাজিলহল্লি। নৈশিন্দুনা লৈববা, মঙম শান্দ্রবা মীবৈবাক্কী লৈঙাক্কী মনুংদা কান্নবা য়ানবা ৱাফম অমতা পুবকপা ঙমদে; অমদি শানতাযবা ঙমদ্রবা জাত্তিগী ৱাফম হেন্না হেন্না মচিন তুম্বা হেনগৎলকই। ঐখোয়গী ৱাফম খজিক্ত ফাওবা খর্নাবিদবা, লৈবাক মচি অমদা ফাওবা চাওখৎ থৌবাং লৌখৎপীদবা মতম অসিদা, ঐখোয ভাবত্তা পোক্লবে। লৈবিবা ফীবর্মসিদগী ঐখোযনা কন্না চোংথোকপা নাম্থোকপা তাবনি নৎত্রবদি তৌফম খংদ্রবা অৱাবা খুদোংথীবা মাযোক্লবা তাবনি।

পৃথিবী অপুম্বদা তৌবগুম, ভাবওসু, ইংনা চাওখৎহন্নবা-শেমগৎ শাগৎনবা ইথিনগা ওৎ নৈবা মাং তাকহনবগী ইথিনগা অনি কন্না লমজেল তান্নবি; মহৌশাদগী হৌজিক্লা মাংতাকহন্নবগী ইথিনগা অসি কন্না লমজেল তান্নবি; মতৌশাদগী হৌজিক্লা মাং তাকহনবগী চাং হেনগৎলকলি। ঐখোয়না হেন্না পামশিনজকবা অমসুং খঞ্জবগী হাযকববদি, অফবত উবা নত্রগা ফত্তবদা উবা ওইববসু, থোকইবা পুম্নসি ঐখোয়না লাযনা উশিনবা ঙমই। মহৌশাগী ওইবা সংসাবদা চৎনবিবা নিযমবু থাজজবা, অচুম্নতনা তুংদা জয ওই হাযনা থাজজবা মীওইশিংনা মবাইবক ফববদি মখোযগী ওইনা কুম্ন্দৈ যেংবা নত্রগা তেংবাংবগী থৌদাং পাংথোকপা ঙমগনি; লোযননা মখোযনা ঙমদবা পোৎলমদু ঈশ্বরদা শিন্ননি; অদুগা অতৈ মীওইশিংগীদমওদি লুম্নবা পোৎলম অদু মখোযগী শোল্লবা মবেংবান্দা লুপা তাবনি লোয়ননা অফবতবু আশা তৌগনি (নুংঙাই যাইফববুদি পামগনি) ফত্তবগীদমক্তা শিনগনি (মীগী ফত্তনবতা তৌগনি)।

# তরাশুবা পন্দুপ

## মাপনশুবা তাংকক

# ধর্ম্ম, দর্শন অমসুং বিজ্ঞান

ভাবতনা মাগী হৌখিববু কাওথোকই; হৌজিক্কী ওইবগা মবী লৈনহন্দে। হৌখ্রবা মতমগী জঙ্গলগী উকংনা ঐখোয়গী পুন্সিবু কুপশিল্লি ননশিল্লি; হৌখিবনা মতম'মদা কান্নবম্বদ্ হৌজিক্কি ঙম্না হৌখ্রে। মদু ওইদুনস্ হৌখ্রবা মতমদা, হিংবদা কান্নবম্বা, মক ওইবা মচাকপু কাওথোক্কদবা নত্তে হুলানগদবা নত্তে। ঐখোযগী জাতিবু চাওথোকচহল্লম্বা ফীদম, চহি মতম শাংনা ভাবতকী প্রজাশিংনা খনজবম্বা মং, থাইনা লৈবম্বা মীশিংগী মবৌশিং, জ্ঞান, ঐখোযগী ইপা ইপুশিংনা নুংশিজবম্বা পুন্সি অমসুং প্রকৃতি লোয়ননা মখোযগী অহনবা লৈতবা মথৌনা মবিংজেন, মখোযগী অঙকপা ফংনা চংশিল্লম্বা রাখলগী থাক অমসুং অঙকপা লিংজেন, থৌনা ফবা রাখল, সাহিত্য, কলা অমসুং কলচবদা উৎলম্বা অচৌবা থৌদাং, অচুম্বা, ফজবা অমসুং নিংতম্ববু মখোযনা পামজবম্বা, মখোযনা তৌনম তৌবম্বা থবক্কী মমল লৈববা হৌবকফম, মীওইবগী পুন্সিদা থেংনবিবা অঙকপা লমফাংলবা থৌদোকপু খংজিল্লম্মলবা মখোযগী শক্তি, মখোয়গীদা নত্তনা অতোপ্পা কয়াগী মতাংদা মখোযনা উৎলম্বা খাংবা কনবগী মথৌনা, মীওইবশিং মপুক্লিং চিংশিনবা ঙম্বা শক্তি, কলচবগী মতাংদা পাংথোকলম্বা তৌবম্বা হৈ শিংবা রাখল, পুম্নমক অসিবু ঐখোযনা কৈদৌঙৈদসু কাওবা ঙম্লোই, চহি কয়াগী মমাংদা লৈবম্বা ঐখোযগী জাতিবু শেমগৎ শাগৎলম্বা জ্ঞান, তাবোই তাদবোই তৌবা ঐখোযগী রাখলদা চেংনা লুনা মবা তাহল্লবা, লাকঙম ফাঙমদ্রবা মশানা হকথেংনদুনা তানশিল্লম্বা জ্ঞানবু ঐখোযনা কাওথোকপা ঙমলোই। মখোযবু ঐখোযনা কৈদৌঙৈদসু কাওববোইদবনি; ঐখোযনা মীবোন খুৎথাং যৈনা ফংলকইবা চাওববা স্বত্ব অসিগীদমক ঐখোযনা চাওথোকচবা লেমজবা অদু লোযগদবা লৈতে।

ঐখোযনা থিংগদবদি অসি নত্তে; ভাবত ইমাগী মাইথোংবু চহি কয়া চুপ্পা কুপশিন্দুনা, মোৎহল্লবা উফুল বাইফুল মহাক্কী মনুংগী ওইবা নিংথিজবা অমসুং মদুগী অথ অমদি কান্নবা পুম্ববু কুপশিললিবা অমোৎপা, মহাক্কী চাওখৎ থৌনাংবু থিংজিল্লিবা, বৃদ্ধি জ্ঞান, লিংজেনবু নুংগী মৃত্তিগুম লৈহন্দ্রবা, নৈখাযববা ফত্ত হৌদি, মতম চাদবা খাংহল্লিবা, পুম্নমক অসি কোকহনবা তাবনি, থিংবা তাবনি। অসিগুম্বা অমোৎপবু ঐখোযনা ককথত্তুনা লংথোক্কদবনি, থায়নগী ওইববা জ্ঞান, বাখলগী মক ওইবা মচং, ঐখোয়না নৌহৌননা নিংশিংগদবনি, অদুবু হৌজিক হৌজিক ওইবিবা ফীবমদা শীজিন্নবা লৌশিনগদবনি। মতম অমদা কান্নবম্বা, হৌজিক্তা কান্নবোইদবা, হৌখ্রবা মতমদতা কান্নবা, অদুগুম্বা বাখল অমসুং হিংনবগী লমদা লৈবম্বা, ট্রেডিসন্নেল ওইবা চৎনবীশিংদু ঐখোয়না থাদোকপা তাবনি। জাতিগী সিমানা মনুংদা নত্রগা অবিবা কাংলুপ মবত্তা, মসিমখৈদি চন্নদ্রে, মসি মখৈনা মফম খুদিংদা মীওইবা জাতিগীদমক তৌফম খোকপদু, ঐখোযনা ঙমজবা মখৈ হোৎনদুনা পাংথোকপা তাবনি, মমাংঙৈগী মতমদা ওইবম্বা অদুদগী হেন্না হৌজিক লাংতকনফম ওইবা, পুকনিংদা পানবা, মী অমা ওইবগা থৌনা ফবগী থবক পাংথোক্লবা, অতৈ মীওই অমাদ অতৈ মফমগী জাতিগা খুৎশম্মনা চৎমিন্নবা তাবনি। মী ওইনা হিংবদা অথ থোকহন্নবগী মচাক ওইবিবা অচুবা, ফজবা অমসুং নিংতম্ববু পামহনবা রাখল অদু, ঐখোযনা অমুক নৌহৌননা পুবক্কদবনি; কল্লবা থুগায়বা ঙম্লবোইদবা যুম্ফমদা, মতম কয়াগী মমাংদা ঐখোযগী য়ুম শাবিবম্বা ঐখোয়গী জাতিবু (মতমদুগী মীবোন পাথং-পুথাংবু) তোপ তোপ্পা মশক শেংনা তাক্লম্বা ফাওহল্লম্বা থৌনা ফবগী মাবংজেল, লোযননা তুংদা ওইনগদবা ফাওবা খংলম্বা রাখল লৌশিং অদু ঐখোয়না নৌহৌননা শেমগৎকদবনি। মীওইবা জাতিনা পৃথিবীদা খোংদাবকপদগী হৌনা হোৎনবকপা, লোযননা ইতিহাস লৈবকপা, মতমদগী হৌনা লাকশিনবা নিংশিং রাখলনা ঐখোয়বু অহল ওইহল্লবসু ঐখোয়গী মতমসিগা চাননবা নহা, ঐখোয ওইবা তাবনি, তুংদা ওইবক্কদবা কয়াগী থাজবা অমদুনা মতম অসিমক্কী ওইবা নহা পাখংগী

থিংবা ঙম্মবোইদবা নুংঙাইবা, য়েথেকপা ঙম্মবোইদবা থৌনা লিংজেলগা লোয়ননা হৌজিকমক ওইবিবা মতমগা চুনববা ইনখৎলকইবা নহা, ঐখোয় ওইবা তাবনি।

অচুম্বা, অবোযবা-অশেংবা-অবেপ্পা ওইববদি অচুম্বসি অহৌবা অবোয়বা নায়দনা মতম চুপ্পদা লেংদনা লৈবা, মাংহনবা, অহোংবা লৈতবা ওইগনি। মতমনা, মফমনা, ৱাখলগী অথোয় অহেন নায়বা চাংনা, অমদি মতম মমগী ওইবা ঙহাক্কী ওইনা শেম্না পানদম্না, পর্নখৈ ওইববা, অচুম্বগী মচেৎ খবতমক খনবা, লাকশিনবা ঙম্না, মীওইবগী তাংকক নাইবা, ঙমখৈ লৈবা, ৱাখলনা, অসিগুম্না ঙমখৈ লৈতনা লেংদনা লৈববা অহোংবা, হোংদোক হোংজিন তৌবা যাদ্রবা অবেপ্পা অচুম্বদু মপুং ফানা খংবা ঙম্লোয়। ৱাখলনা, ৱাখলগী উদেশ্যবু চাওখৎহনবা অমদি চাওথোকহনবা মবমনা, অমদি ৱাখলগী পান্দম হোংলকপনা অনৌবা সিম্বোল খুদম উক্লুনা, অচুম্ববু মশক তাকলকপনা, মদুগী মকওইবা হৌরকফম চপ মান্নববসু চাওখৎলমদা চংশিল্লকপগা, মীওইবগী ৱাখলনা খঞ্জিল্লকপগী চাংগা অনি অসি অমগা অমগা মায়বা থাক্তা পুবকপা যানবা মী ওইবনা খংননবগীদমক (ভাব তাবক্লবগীদমক) অচুম্ববু মতম পুম্বদা থিজিন হুমজিনবা তাই, নৌহৌহনবা তাই, তোঙান তোঙানবা মওংদা শেম্না তাই। মদুতদা, মীওইবগীদমক অশেংবা অচুম্বা ওইগনি, মীওইবনা ফংগে তাল্লিবা থা-নবা য়াদ্রবা কান্নবদু পীগনি, হৌজিকমক্কী অমদি তুংগীদমক লমজিং লম্বী তাক্কনি।

হৌপ্রবা চহি কয়াগী মমাংদা, (ধর্ম্ম শন্দোকপগুম্না) অকনবা চৈথেংনা নমদুনা থাজহনখিবনা, অচুম্বগী শক্তম্মু শেবায়না লৌহল্লবদি, অচুম্বা থিগদৌবিবা ৱাখল অদুবু মমি শামহল্লি, চাওকৎলমদা পুবকপা ঙমহন্দে লোযননা মীওইবগী পুন্সিদা থোকইবা, তত্তনা হোংবা, অপাম্না, দবকাব ওইবা লমদা ৱাখল চংশিনখি; মসিনা মবম ওইদুনা অচুম্বগী শক্তম মশানা লোৎখি, মাংখি লোযননা তুংলমচৎকীদমক হংবা যাবা কান্নবা অথুপ্পা ৱাহংশিং অদুগী অচুম্বা পাওখুম পীবা ঙমদে। মসিগী মপাঙ্গল কুইনা কয়া লৈতে, শোম্বকই; কুইনা কান্নহনবা ঙম্লক্কে; ৱাখল খনবা তম্বহল্লকই; কুম্ফে তাবকই লোযননা মীওইবগী অমদি ৱাখলগী চাওখৎলমদা অকাযবা পীবকই। হৌপ্রবা মতমদা মতমদুগী সিম্বোল অমদি লোন্দা পুদাদা ফীজেৎনদুনা চাওখৎলম্না অমদি মতম অদুদা খংনবম্না জ্ঞান তানবম্না, অদুক হৌজিক তশেংবমক খংবা ঙম্নদে। মবমদি চহিনা চগাবকইবা অদুক, মমাংলমগা লৈনবকইবা মবীদু খেৎনবকই শামথবকই, ৱাখলগী ইথিন হোংলকই, সমাজগী লমচৎ শাজৎ চৎনবী হোংলকই (খেৎনবকই); মতমদুগী লিংজেল থৌনাগী ৱাফমদি লাযবদুনা থাযনা ইবমইবা অদুগী জ্ঞান বাখল অদু ফাওবা খংবদা ওম্বোক্লা ৱানা থোকই। অদুগা ঔবোবিন্দু ঘোষনা হায়বম্বগুম্না, অচুম্বসি, মশাপুম্না চুমজববসু, খুদত্তা থৈবা, অমদি হেক্তা মপুংফাবা ওইনা, অমগীগা অমগীগা ইমান মান্নদনা তোঙান তোঙান লৌববদি, মসি, অশিংবা জ্ঞানীশিং অমদি শেবান্নবা লমজিংবা নম্ফুদা থাজহনবগী মখাদা থাজখিবদুনা, অশিংবা জ্ঞান লৈবা শাবশিংগা অনিবু পুনশিহন্নবা তিন্নহন্নবা থাকপা লাংগা পানখর্কনি; মবমদি অশেংবমক, অনি অসি লংফেনগী লংদোমগুম্বনি, (অচুম্বদি অশেংবা লংফেন অদুনি) ফী শাবদা অচুম্বা লংফেন নত্তনা মথত্তা তাওবা লংদোম লৈবা যাবা হৌনদে।

ধর্ম্মনা মীওইবগী চাওখৎপা পুবকপদা যাম্না তেংবাংই। ধর্ম্মনা মীওইবগী কান্নবা অমসুং মী অমগী থাকপু ঙাকই, মীওইবগী পুন্সিবু লমজিংনবা নিতি নিয়মবু মশক তাকই। অফবা কযা তৌববসু; ধর্ম্মগী লৈজবিবা শক্তম্না, মীওইবপু নমদুনা থাজহনবনা অচুম্ববু নর্মশিন্দুনা থম্নবা লাকনৈ; কুইশিল্লক্লগা হৌবকফমগী অর্থ শক্তম মশানা মাংজবকপা, মমৈথংদা থৌবম পবেং ওল্লকপা উসব, মেলা, কুম্মৈবু থৌগৎলি। মীওইববু মাইকৈ মবিদা কোযশিন্দুনা লৈবিবা খংবা ঙমদ্রবা খুজিন (নোংদম) গী মখাদা মীওইবনা অৱাবা খুদোংথীবা তাববদা, খংবা ঙমদ্রবা শকখংদবা অদুতা নত্তনা সমাজদা কবি থোক্লগদবগে হায়বা অদু মুন্না খংনবা মীওইবনা তোৎনজগদবদু ধর্ম্মনা অমা হাযজিন্দুনা থিংজিল্লি, হোৎনহন্দে। পুক্লিংগী চিংনবা কোক্লনবা, অমদি লৈজবা ৱাখলগী শক্তিনা খনবা ঙম্না থাক ফাওবা খলহন্নবা, পুক্লিং থৌগৎপগী মহুত্তা মহৌশাগী ওইবা প্রকৃতিদা তেক্তা থাজহন্নবা, মীওইবনা শেম্না দর্শনবু ধর্ম্মনা শন্দোকই, অসিদা নত্তনা লিংখত্লুনা লৈববা গীর্জ্জাদা, চৎনদুনা লৈববা সমাজগী চৎনবোন্দা অমদি হান্ননা লৈববা হিবম কযাদা থাজহন্নবা ধর্ম্মনা শন্দোকই। প্রকৃতিগী খোঙচৎকা ইবোযননা লাকপা থোযনা হেন্না কনবা মহৌশাগী ওইবা মীওইবগী ৱাখলগী ৱাংমদগী খোবকপা, শম্না হাযববদা লাইবক্লা তম্বদা থাজবা প্যোকহনবনা,

মান্নবা খুন্নাইগী চহনবী ৱাংমদা দায়ী য়াওদবা লমদা লমজিংশল্লি, লোযননা মবমচানা খনবা ৱাখল অমসুং থিজিন হুমজিনববু, যুম্ফম য়াওদনা নুংঙাইহনবা ৱাখলগী ইপোমদা তাওহনবনা, অর্মদি ৱাখল ৱাংপদগী নত্রগা পংবদগী পোক্লকপা ৱাখলগী নুংঙাইথোকপা ইচেন্দা তাওথহনবনা, মহুৎ শির্নাজিল্লি। লৈজবা মগুণদা কায়দোংদুনা, ধর্ম্মনা মশীং লাকঙমদ্রবা মীওইবশিং অমদি লৈতাববা ফুকপ-কাংলুপতা, চিংনহনবা লৈতনা, নুংঙাইবা পীববসু, মীওইবা জাত্তিগী, মহৌশানা লৈজববা, চাওখৎ খোংচৎ তাংথক নায়না হেনগৎহনবা অমদি লোযননা লাকপা অহোংবা পুবকপা লম্বীবু ধর্ম্মনা থিংজিন্দুনা থমই।

উনা শিংনানা কুপশিল্লবা লাংগুম্লবা কোমশিংদগী দর্শন্না (ৱাখললোন্না) মীওইববু নাম্ষোকহল্লি লোযননা ৱাখল খনবা, থিজিন হুমজিনববু থৌগৎলি। (অচুম্বগী তৌবকফম অমদি অবোযবা, তং তাবা মবম চানা লিখুন লিবা) দর্শন হায়বসি মীওইবগী সাধারণ পুন্সিগী জ্ঞান-ৱাখলদগী যাম্না ৱাংনা লাপ্পা লৈগ্রবা, অচুম অবান নিংথিনা খংগুম্লবা, অচুম্বা জ্ঞানগী অবেপ্পা শক্তম খংবা ঙম্লবা ৱাখল যৌনা লমজিংবা লম্বীনি; মসি তাইবংপানবা মীওইবগী নোংম নোংমগী থোকইবা থৌদোক্কী ৱাখলদগীসু তোঙান্না মবী লৈনদে; তাল্লিবা অবেপ্পা অচুম্বতবু ফংনবা হোৎনবদা হকচাংগী কযাৎ পুম্না অমতা ওইবা লিপিং অমতগী মখাদা শীজিন্নে। অচুম্বা মবম চাবা (ৱাখলগী পবিং) ৱাখললোনবু, ঙাক শেল্লিবা নিয়ম্বু, থিজিল্লিবা বিজ্ঞান অর্মদি ৱাখলগী তাংথক তাংথকপু মবী লৈনহল্লিবা নিযম্বু, থিজিল্লিবা বিজ্ঞান অমদি ৱাখলগী তাংথকপু মবী লৈনহল্লিবা শকক অনি অসিনা দর্শনগী লমজিং ওই; মখোয অসিনা দর্শনবু তোঙান তোঙানবা মাইকৈ কযাদা লাপ্পা লাপ্পা পুথোকই অদুম্মদি ওইবগা হায়বিবা বিজ্ঞান অসি সাধারন মীওইবনা খল্লিবা ৱাখলদগী হেন্না হকচিনবা, কা-হেন্না চথবকপা, খনবগী শক্তিনি লোয়ননা থোকইবা থৌদোক্কসু মবী লৈনদে।

অককননা তৌনিংইবা অদুবু বিজ্ঞান থৌশাদে, বিজ্ঞানদি কবিনা অচুম্বনো হাযবা অদুতবু থিজিল্লি। মাসনা তাইবংপানববু খোংকাপ লাওনা লাওনা চোংহল্লি, লংলবা, অমকপা লৈত্রবা সভ্যতা শেমগৎলি, খনবগী পখুংফম, লোযবা লৈতনবা ৱাখলগী মশিং লাকঙমদ্রবা চাওববা লম্বী কযা শেমই লোযননা ইহান হানবমগুদা মসিনা মীওইবদা অসিগুম্বা শক্তি যৌনা পী মদুদি তাইবংপানবগী অকোয়বদা লৈবিবা পুম্বগী মওং মতৌ লেপ্পদা মীওইবনা লায়না মাইপাকপা ঙমই। তদাক্লা, খুৎশেম্না অমদি অতৈ অতোপ্পা উপায কযানা পৃথিবী গুহগী লৈমাইদা অহোংবা পুবকপা ঙমবা পৃথিবী শেম্বা ঙম্বা (পৃথিবীগী লৈমাইদা অহোংবা অমা ওইহন্নিংবা মওংদা শেম্না ঙম্বা) শক্তি অমা মীওইবনা ওইবে। মথৱাইনা পামজবা যৌনা, অহোংবা অসিবু পুবক্লবা মিতম্লবদা, পোৎশিং অসিগী অথবা অবানবা স্কীম লৌখৎলুবদি, মতমদুদা দবকাব ওইবা কযা ওপাৎপা লৈখিবা লোযননা মকওইবা মচাক কযা মাংখিবননি। নিংইবদুগী পন্দোন পল্লেপফম ফংহন্নবা জ্ঞান লৈবমদে অদুদগী হেন্দোক্লনা মতম মতমগী ওইবা থৌদোকপু খংবা তাব তাবসু ওইবমদে, মবর্মদি পুন্সিদা থোকইবা কবিগুম্না অমতগী মবমদা বিজ্ঞান্না ঐখোয়দা কবিমতা তাকলম্বা লৈতে। মহৌশাগী খুৎশেমবু খুৎ চনবদা কল্লি হায়বিবা মীওইবনা নশা মশাবু নখৎ চনজনবা পাঙ্গল শক্তি লৈজদে, মহাক্লা শেম্না (শাবা) মীওই লাল্লুপ চাদবা জীবনা মথোং মবম খংদনা চোল্লি। খরায পানবা জীবগী মবমদা লৈনবা বিজ্ঞান, জীবনা খল্লিবা ৱাখলগী মবমদা নৈনবা, নৌহৌ নৌহৌননা চাওখৎলকপা লোযননা থবাই পানবা জীব নৈনবা বিজ্ঞান, অর্মদি অচক অশা, মঙান খোঙ্জেলবু নৈনবা বিজ্ঞানগী ৱাহম্ষোক্লা, মীওইবা নশামকপু শক খংজিঞ্জবা অমদি লাকশিঞ্জবদা, মমাংঙৈদগীদি হৌজিক্লা হেন্না মতেং ওইবা যাবে। নত্রগদি, অসিগুম্বা খুমাং চাওশিনবাসিনা মতিক চানা শক্তি হাপত্রিঙৈ মমাংদদি মীওইবনা মখুৎ মক্লা শেমগচ্চবা সভ্যতাবু থুগাযবগা অনৌবা অমা অমুক শেমগৎপা হৌবম্বা যাই।

বিজ্ঞান্না খুমাং চাওশিল্লকইবা অসিগী মিৎনা উবা লোইবা পংখৈ লৈতে, কবিগুম্বা লৈবম্লবদি চাওখৎপগী অবোয়বা মতাং লৈবমগদবনি। মীওইবগী তোঙান তোঙানবা ৱাখল পুম্বদা বিজ্ঞান্না য়েংশিনবগী পথাপ, মতম পুম্বদা পানশিনবা যাদে, লোয়ননা ঐখোয়গী অকোযবদা কোয়শিন্দুনা লৈবিবা লাকঙম ফাঙমদ্রবা সমুদ্র শিনবা থুংনা, বিজ্ঞান্না লানশিনবা ঙর্মদ্র। জ্ঞান তানশিনবগী মতেংতনদি খবমখৈ চংশিনবা ঙমলি, জ্ঞান তানশিবনা (খংনিংনা থিজিনবনা) পাক চাওববা সমুদ্রদা থৌনা ফনা চংশিল্লি। বিজ্ঞান অমদি জ্ঞান তানশিনবা (ফিলোসোফী) অনিমক্লা, ঐখোয়বু মাইথীহল্লবদা, ঐখোযগী লৈর্জাববা, ৱাখল

খন্নবা, যেংশিন্নবা, শক্তিদতা ঐখোয়না থাজবা থমদুনা চংশিনবা তাই। মবমদি, চপ লেপহনবা অবেপ্পা পনখৈ অমা লৈবি পনখৈ অসি লাম্বোক্লবা মীওইবগী ৱাখল খন্নবা শেম্বদা যাওবিবা অচুম্বা মবমচাবা থিনবা পীবিবা শক্তি ফাওবনা চংশিনবা ঙমদে। মতাং অসিদা পাস্কেলনা হায়, "La dernière dìmarche de la raison, c'est de connaitre qu'il y a une infinité de choses qui'la surpassent Elle est bien faible si elle ne va jusque-là"

ৱাখলগী মবমচাবা ৱাখললোন লোয়নবা বিজ্ঞানগী পথাপ মুম্বা খংদোক্লগা, ঐখোয়গী লৈজবা থাদুনা মদুবু চেৎনা পাযশিনবা তাবনি; অসিগুম্বা লেংদবা পথাপ অমদি যুম্ফম ওইবিবা হৌবকফম্বু চেৎনা পায়শিন্দুনা শীজিন্নদ্রবদি অচুম্বা অমদি অশেংবা মশক অদু ঐখোযনা খংবা ঙমলোয। ৱাখলনা লাম্বা ফংদবা মহৌশাগী ওইবা অঙকপা থৌদোক খংনবা অবেম্বদা কবিমতা কান্নদনা হোৎনকবগী মহুত্তা অমদি কবিগুম্বা অমতা শুকখং খংদনা লৈথোক্লদবগী মহুত্তা অচুম্বগী শকক খবদং খংজিনবনা থোয়না হেন্না ফৈ। হৌজিক্কী মতমদা, লৈবাক প্রজাগীদমক্তদি বিজ্ঞানগী মতেং লৌদবা ইযা যাদ্রবনি, থা-নবা য়াদ্রবনি। বিজ্ঞানগী মতেং লৌবদা নত্তনা মদুদগী হেনবা থবক কয়া'মসু দবকাব ওই। মদুদি বিজ্ঞানগী লম্বীদা চংশিনবা (বিজ্ঞানগী পথাপ্পা লম্বী ওইনা লৌদুনা চংশিনবা), বিজ্ঞানগী অকবা তানফম লাকপদা নিংহন্দনা, থৌনা ফনা চংশিনবা, অনৌবা জ্ঞান অমদি অচুম্বা থিজিনবা, চাংয়েং লৌদনা ফৈ ফত্তে খংদনা কবিগুম্বা অমবু হেক্ত লৌশিনববু তৌদবা (যাদবা), নৌনা অচুম্বা ফংলকপদা হান্নগী ওইবা অবেপ্পা ৱাফম হোংদোকপা ঙম্বা শক্তি লৈবা, চাংয়েং তৌববা অচুম্বদা থাজবা থম্না, খুমাং চাওশিন্না হেক্ত খনবা ৱাখল থাদোকপা, অকনবা নিযম পথাপকী মখাদা ৱাখল খনবা; - মসি পুম্নমক অসি বিজ্ঞানবু মফম চানা শীজিন্নবতা নত্তনা হিংদুনা লৈনবগী মতাংদা অমদি থবক থৌদোক কয়া খন্ন নৈনদুনা অবেপ্পা অমা পুবক্লবগী মতাংদা যাম্না দবকাব লৈ। বিজ্ঞান (সাইন্স) পন্না ৱাশকথ্রবা হৌজিক মতমগী বিজ্ঞানিকশিংনা মখোয়গী মশাগী কান্নবনা খুদুম চনশিদুনা বিজ্ঞানবু কাওথোকই। বিজ্ঞানগী ওইবা লমদা চংশিনবা অমদি অৱা অনা কয়া খাংনা হন্দবা মবিন্না হিংনবগী লম্বীনি, ৱাখল খন্নবগী পথাপনি, থবক্কী লমদা চংশিন্নবা নিয়মনি অমদি লেংমান-শামান্নবশিংগা লোযননা চৎমিন্নবগী উপায়নি অমসুং ওইফম থোকপনি। মসি যাম্না চুম্লবনি, মী কয়া লৈববসু ঐখোয অমতনা অসিগুম্বা খোংজংদা, খবমখৈতা ওইববসু মাইপাক্লা তৌঙমদে হায়বসি চিংনবা লৈত্রবনি। ফিলোসোফী অমসুং ধর্ম্মনা ঐখোযদা পীবা ৱাখলগী থৌদাংগী মতাংদা মান্নবা চাংদা নত্রগা হেক্সৎপা চাংদ অফ ফত্ত নৈনবা লোযননা ৱাবেপ তাবগী থবক চংশিল্লকলি। অদুবু মীওইবনা চংশিল্লক্কদবা লম্বীদি বিজ্ঞানগী ওইবা খাংবা কনবনা থিন্দুনা তারকলি। মসি নিংতম্লবা মী অমগী খাং হৈবদগী পোল্লকপা গুণ অমনি। বিজ্ঞানিক ওইবা মতমদা ঐখোয পোল্লকবে, অসুম্না ঐখোয় মশেন হায়নবি, অদুম্নদি ওইবগা মফম মফমদা (মথম কথাদা) লৈবিবা মী অমদা নত্রগা মীশিং অদুগী লুচিংবদা ফাওবা হায়খিবা গুণ অসি লৈবগী চপ চাবা প্রমান অমত লৈত্রি।

চুম্লবা লেংদ্রবা ৱাখলগী লমবু বিজ্ঞান্না নৈনৈ, তৌইগুম্বসুং মসিনা পুথোকইবা ৱাখলগী ফীবেপতি হার্যবিবা লম অসিগী ৱাংমা লান্না চৎলি। মীওইবনা নিংইবা তাল্লবগী পম্বুংদি জ্ঞানগী মঙান ফংনবা তানবা, অচুম্বা মশক খংনবা তানবা অমদি অফবা ফজববু থাগৎহন্নবা তানবনি হাযবা য়াই। থবক্কী ওইবা লমদা থিজিন্নবা বিজ্ঞানগী পথাপতি হার্যবিবশিং অসিদা পানশিনবা যাদে; হিংদুনা লৈবদা চংবা মক ওইবা মখৈদি হায়বিবা অসিগী লমখৈ ৱাংমদা লৈবগুম তৌই হাযবদি — কলাকাব (লাইশাবা লাইয়েকপগী লাই) অমসুং কবিতাগী (পদ্যগী) থুক লাওহনবা গুণ, ফজবনা পোকহনবা ৱাখলবু চম্মমহনবা নুংঙাইহনবা অমদি অফববু শক খংলিবা থম্মোইগী ইথিন (হার্যবিবশিং অসি মথক্তা হায়খ্রিবা অসিগী লমখৈ ৱাংমদা লৈবঙাক ওইনা তৌই)। মহৌশা লাইবেম্বীগী ফজবা শুমহৎনফম ওইবা মাইথোং, উবা খংবা ঙমলোয। সমাজগী মবমদা বিজ্ঞানগী পথাপ মতুংইন্না থিজিল্লিবা মীওইসিংদা মীওইবগী নুংশিবা অমদি মীনুংশি খংনবা শকক থুংদে। বিজ্ঞান্না খন্ন-নৈনবিবা লমখৈ ৱাংমদা লৈবিবা লমদম তান্না ঐখোযনা চৎপা মতমদা (চংশিনবা কান্দা) অমদি ফিলোসোফীগী তুংনফম ওইবিবা ৱাংলবা চীংজাওগী মতোন, ঐখোয়না উকবা মতমদা মফম খংহৌদনা থুক লাওবা অমা ঐখোয়দা পোকই লোযননা বিজ্ঞানগী লমখৈ ৱাংমদা লৈবিবা পাকচাওববা দৃশ ঐখোযনা উবকই; অসিগুম্বা লম্বী অমদি ৱাখলগী ফীবেপ অদুসু দবকাব ওই।

ধর্ম্মগী নিতি নিয়ম অসি য়াম্না খেৎনৈ। থবক্কী লমদা থিজিনবা তৌদনা লম লমগা মকওইনা মবি লৈনবা ঙাক ওইনা তৌই; অদুগা পুক্নিংদা হেক পানবা অমদি মবম চাব-চাদবা খল্লুদনা খুদক্তা ফংবা ঙাান্দা থাজবা থমই। মতুংদা হিংদুনা লৈবদা চংইবা থবক-থৌবম খুদিংদা নিয়ম পথাপ অদু পানশিল্লি অদুদা নত্তনা লৌশিংশিংবা বুদ্ধি লৈবা মখলগী থিজিন-য়েংশিনবা ঙমবা থবক-পোক্‌ফম কয়াদসু মসি পানশিল্লি। ঈশ্বব অমদি ধর্ম্মগী মতাং নৈনবা বিজ্ঞান, অমসুং আত্মাগা মবি লৈনবা থৌবমদগীসু (মশাগা মবি লৈনবা ) মশাদগী পোকচবকপা কান্নবগী শকক্রা হেন্না মবি লৈনবা লৈবাক্লা শকথংলবা ধর্ম্মনা বিজ্ঞানগীগা, হেন্না তাইওন্নববা ঝাখলনা হেক্তা লেপ্পা শককপু থৌগৎলি। মবম অসিদগীনি, পুকচেন পীকপা, অথাং কন্দবা, তেক্তা থাজগনবা, অন্ধবিশ্বাস, খুদক্তা নিংলকপদা কায়দোংবা অমসুং হেক্ত শাওহনবা অসির্নাচংবা অসিনা পোকর্হল্লবসি। অসুম্না মী অমা ওইবগী ঝাখল খনবা ঙমবা লম্বীদা অপনবা পী, লম্বীদুমক থিংজিল্লি লোয়ননা মখা তানা, মনিংতম্বা ঙমদবা মীখা পোনবা মীওইবগী ঝাখলবু শৌগৎপদা নত্তনা মদুদফাওবা তোংশিল্লি।

ঈশ্বব অসি শুৰ্কলৈ লৈবমদ্রবা ফাওবদা, মহাক কদায়দা লৈবগে থিবা দবকাব ওই; মতাং অসদা ভোলটেয়বনা হায়বমই, "si Dieu n' existait pas, il faudrait l'inventer' (হোই, লাই লৈতে লৌববসু মহাক্লা পুন্নমক পুথোকপগী-শেম্বী হায়বদি লৌনবি।) মদুমক্লা চুন্নম্বসু যাই; অদুবু অওইবমক্তি মীওইবগী ঝাখলনা খুমাং চাওশিল্লকপগা লোযননা ঝাখলদগী পোকলকপা শক্তম মূর্ত্তি অমা ওইনানিংবা মওংদা শাগৎনবা মীওইবগী ঝাখলনা মতম পুন্নদা হোৎনবি। অদুগা মসিগী ওন্ন তৈনবদা কবিগুম্বা খব লৈতবসু নত্তে; ঈশ্বব লৈবম্লবসু মহাক্‌পু সম্মান তৌনিংদবা অমসুং থাজদবা পোক্রবা যাওবি। অন্ধবিশ্বাসকী মাইকৈদা কা হেন্না থাজবমল্লবসু মী অমগী মশাদা চেন্নজববা মশাগী থাজজবা (পোকপদগী য়াওনক্লবা হাযফম খংদবা মশাগী শক্তি) মাংথহল্লকই লোয়ননা শেমগৎ-শাগৎপা ঙমনবা মপাঙ্গল অর্মদি তৌবা ঙম্বা শাক্তগী মতিক মযাই মাংথবকই চম্মকই। অদুম ওইদুনসু ঐখোযনা লৈবিবা তাইবংপানবা অসিগী মনুংদা ঝাখলনা লাম্বা ফংদ্রবা নোংদম্লগী খৃজিন থৌবাংবু থাজর্বদি (খবমখৈত ওইববসু থাজর্বাদ) দবকাব ওই, লোয়ননা অফবা লমচৎ শাজৎ লিংজেল অমসং ফীদম্নফম ওইবা ঝাখল ফীদুপশিং অসিবুসু থাজবা তার্বানি নত্রগদি মীওইনা পোকলকপগী পুন্সিগী থৌদাং নত্রগা মবম নত্রগা পুন্নমক্কী তুংনফম ওইবা মব অমতা ঐখোয়গী লৈবোই। ঈশ্বববু ঐখোযনা থাজববসু নত্রগা থাজদ্রবসু, খবমখৈমক থাজ্রদবাদ ওইথোক্তবনি; মায়ানি হায়না লৌববসু শিবগী ওন্ন তৈনবদা হিংবা হাযবসিনা অচুম্বা ওইবনা (শিব নায়বনা হিংবগী অশেংবা অচুম্বা লৌববনি); লেংথোক লেংশিন, চথোক-চৎশিন ঙমহনবা লোযননা চাওহনবা নাইবা অহোংবা পুবকপা ঙমবা শক্ত পীবা অদুবু তাইবং শেম্নদা যাওবা (matter) শকক্তগী মশানা থোকচবকপা মকওইবা শক্তি নত্রগা থৱাই হাপ্পা ঙমবা শেমগৎ শাগৎপা ঙম্বা শক্তিনি হাযনা ঐখোয়না হার্যনৈ; মসিগী মামং অমা নত্রগা অমা ঐখোয়না কৌববসু কবিগুম্বা অমা লৈ হায়বসিদি সোয়দ্রবনি। মসিবু ঐখোযনা শেংনা খংলবসু নত্রগা খংদ্রবসু, শকনাইদ্রবা লাই কযাগী উবা ফংদ্রবা মফমদা ঐখোয অযাম্বনা পজা কৎলি খবনা লেন্নবা ওইনা, খবনা ফীদম্নফম ওইনা, খবনা মশাগী ওইনা অমদি জাত্তি নত্রগা পৃথিবী অপুন্নগা ওইনা; মীওইবগী ঙান্না মসিগী শকক খবা খজিক ফাওবা ফংবা ঙমদ্রবসু, লাপ্পা লৈখ্রবা মহাক ঐখোযগী ঝাখলবু চিংশিল্ল লোযননা হেন্না ফববা সংসাব অমদি কলা মপুং ফাববা মী (শক্তম) অমগী মশেং মবাংলবা মূর্ত্তিবু ঐখোয়না লার্কাশিল্লি। ঐখোয়না ফংইবা অসি মপুং ফাবদি ওইথোক্তর্বান, ঐখোয মী ওইবদা চেল্লিবা শা ওইবগী (হিংচাবগী) ঝাখল লোযননা মকওইনা অফবা গুণ (লাই ওইবগী গুণ) ওইবগী ঝাখলনা ৎ ভনা ঐখোয়বু খংনিংহনবা পোকর্হল্লি, তকশিল্লি, অসিগুম্না লম্বীদা মীবোন কয়া, লেপ্পা লৈতনা, ঐখোযনা চংশিল্লকাল।

বুদ্ধি লৌশিং চাওখৎলকপগা লোযননা ঝাহৈগী অপীকপা ঝাহম্লোক্তা, ধর্ম্মদা লুপশিন্দুনা লৈনর্বাস মযেং তাথবকখি। ঐখোয়গী থৱাই (হিংবা অমদি শিবা) লোযননা মহৌশাগী ওইবা শক্তম (খুৎশেম) ঐখোয়না খংজন-থিজিনবা হেনগৎলকপগা লোযননা শক্লাইদ্রবা লাইগী ঝাফম হন্তববকখি। ঐখোযনা ৬ব তাবকপা অদুক অঙকপগী ঝাফমগী লমাই অসুম অসুম থুপচিনখি (মাংথবকই)। লৌউ শিংউবগী নিযম, ঐখোযনা চার্নাববা চিঙ্গাক, ঐখোযনা শেৎ চাবিবা ফীজোন, সমাজগী মনুংদা লৌববা মবী, পুন্নমক মতম অমদা ধর্ম্মগী অমদি ধর্ম্মগী মকোক ওইবিবা পুবোহিতশিংগী মখা পোল্লমই। অদুবু মতমগী মতুংইন্না খজিক খজিক কোমথোবকখি লোযননা বিজ্ঞানগী মতাংদা খন্ন নৈনবকপগী খুদুং ইম্নবকখি। অদুম ওইনমক ঙশি ফাওবদা

ধর্ম্মগী কল্লবা ইথিল অমদি ধর্ম্মগী মমি ওইনা তুংইল্লিবা অন্ধবিশ্বাসকী কল্লবা মপাঙ্গলদি অদুম মরৈরি। থিজিনবদা, মথং মথং ওইনা, লাম্বা ফংদ্রবা পম্বুংগী অঙকপদি মীওইবগী রাখলগী রাংমদা ওম্বোক্লা থাপ্লা লাম্বা ফংদনা লৈবি; অসুম্লা মতম শাংনা কুইনা লৈখিগদবা মাল্লি। অদুনা অমম্বনা কুপ্তুনা লৈবিবা পম্বুংগী লম্বীদা তাংকক নায়না লৈবা, পুন্সিদা থোকইবা অঙকপা কয়া অমদি লাইনা খংবা ঙমই নত্রগা খংগনি, খংনবা থাজনা ঙাইনবি; অদুগ্না অমম্বনা কুপ্তুনা লৈবিবা পম্বুংদি খংবদা লুনা থোকই কবিগুম্না খংউববসু মদুনা অচুম্বা ওইরোই। লেংলি-পাল্লিবা জীবশিংগী পুন্সিনা পৃথিবীবু থোয়না হেয়া ফজহনবতা নত্তনা খুৎশেম্না শেম শাদুনা পুথোকপা অনৌ অনৌবা শক্তম কয়া লোযবা খম্বা নায়দনা পুথোকনবি লোয়ননা পুথোক্লবা লাক্লবদা থৌনা অমদি নুংঙাইবগী ইহৌ তত্তনা পোকলি, মসিদসু নত্তনা হিংবদা চংবা নুংঙাইববা অনৌবা নিয়ম কয়া'মসু পুথোক্লবি অসুম্না পুথোকপনা পুন্সিবু মপুং ফাববগুম খলহল্লি উহল্লি লোয়ননা থোয়না ফজহল্লি, হেন্না মপুং ফাহল্লি।

মবম অসিনা দর্শনগা মবি লৈননা বিজ্ঞান্না চংশিল্লকপা কনখৎলকপগা লোযননা অমদি লাপ্পা রাখলগী রাংমদা লৈখিবশিংদা থাজবগা লোয়ননা ঐখোয়না পুন্সিবু মায়োক্লবা তাবনি। তুংদা হেন্না নুংঙাই-য়াইফনা ইংনা পুন্সি লেন্নবা অশাগা লোয়ননা, পাক্লা-শন্না ওইবা য়াবা চাংদা হৌপ্লবা অমদি হৌজিক্কী ওইবা চাওখৎ-থৌবাংগা লোয়ননা পুন্সিগী মকওইবা অশেংবা শক্তম ঐখোয়না অসুম্না শাগৎনবি। ঐখোয়গী মাইকৈ মবিদা কোয়শিন্দুনা লৈবিবা তাইবং পানবগী অন্না-অনাগা খুৎশম্ননা থানদনা চৎমিন্নবিবা, নুংঙাই-য়াইফবু ঐখোয়না থৌওইদবা ঙমদে; অনিগী অমনা চাং হেনগৎলকপদা ঐখোয়না হেনগৎলকপদুবু শিংথানবি। মীওইবগী পুন্সিদা চৎনবিবা খোংচৎ অসি অন্নাবা অমসুং নুংঙাইবগী মান্নদবা চাংনা থল্লি; মসি খংনা খংনা চংশিন্দবা য়াদদুনা ঐখোয়না চংশিল্লি। থৌন্নাই চেংঙাগী (পোকপা শিবগী) লুববা থৌদাং অসি অন্নাবনা থল্লি অমদি মাতগী ওইবা মথৌনি। মপানগী ওইবা থৌদোক কয়া অমদি থৌদোকশিং অদুগী মতৈ অদু ঐখোযনা চাবি অদুম্নদি ওইরগা মনুংগী ওইবা অকীবা অমদি লাংতক্লবনা ঐখোয়গী পুক্লিং-রাখলবু য়ৌনা রাহল্লি। হিংবা হাযবাস ঐখোযগী তৌফম থোকপনা, রাখলনা পুদুনা মপানগী লমদা ঐখোয়না চংশিনবা মতমদা ঐখোয়না শান্তি ফংনবা হোৎনবা তাই লোযননা ঐখোয অমদি ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈবিবশিংগী মবক্তসু শান্তি লৈহন্নবা তৌবা তাই; ঐখোয়গী হকচাং অমসুং মযাগী তাইবং পানবদা পান্নবিবা অপাম্বদু কোকহনবা মনিং-থুংহনবা ঙম্বা শান্তি ওইহনবতা নত্তনা রাখল অমদি থবক্কী লানফম তান্না খুদোংথীববা য়াংবীথক্তা অহনবা লৈতনা চংশিল্লকইবা তাইবং মীবু শক্লাইবা অমা ওইনা অতৈ জীবদগী তোঙান্না উহল্লিবা, থন্নুংদগী থোবকপা থৌনা লিংজেল অমদি খল্লিবা রাখলনা ওকশিল্লকলিবা অপাম্বদু থুংহনবা ঙম্বা শান্তি ঐখোযনা পুবক্লবা, ফংনবা হোৎনবা তাবনি। অনিংবা অপাম্বা য়াওনা নত্রগা য়াওদনা ঐখোয়না চংশিল্লিব্রা হাযবসু ঐখোয়না খংদে; অদুম্নদি ওইবগা মদুগী ফলাফলদি (মহৈদি) লৈতবা নত্তে; হেক ফংগদবগুম উহনবা, মদুমক্লা অমুক হন্না ইনৌ নৌনা চংশিলহন্নবগী হৌফম হেক হেক ওইহনবা, মাংদা লিপৎ লিপৎ লাপ্পা অমদি নর্কশিন্না চেনবগুম উহনবা অপাম্বা অনিংবা অদুবু তত্তনা থিন থিন্দুনা উহল্লি (রাখলদা) লোয়ননা তাকলি।

নোংচুপ থংবা পৃথিবীগী শকক, বিজ্ঞান্না খুদুম চনশিনখ্রে; মী খুদিংমক মদুতবু তান্নখ্রে; অদুবু বিজ্ঞান্না অশেংবা মতিক মযাই চাওখৎপা যাবা অদুক চাওখৎহনবদি ঙমদ্রি; হৌজিক ফাওবদা ওম্বোক্লা লাপথোক্লা লৈবি। শেমগৎ শাগৎপা, কান্নবা মওংদা শীজিন্ননবা, মচাক মথুম হৌজিক ফাওবদা কবিমতা পুথোক্ত্রি। ভাবক্তসু তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা চৎকদবা লাপ্পবা লম্বী কযা লৈবি। অদুবু ঐখোয়গী লম্বেলদদি তমথীনা খুদোংথীবা কবিমতা লৈতবা য়াই, মবমদি কাইনথংদা উৎলিবশিং অসি নত্রবসু হৌপ্লবা চহি কয়া কয়াগী মমাংদা ভাবক্তা খন্নবম্বা রাখলগী মকওইবা য়ুম্ফম, হৌফম পুম্বা বিজ্ঞানগী অমদি পৃথিবী পুম্বগী ঙাক ওইনা তৌই। মীওইবগী তোমথীন ওইবা মতিক মগুণ, থন্নাই পানবা পুম্নমক্লা লৈবিবা ঈশ্বরগী শক্তি অমদি মী খুদিংমক্কী জীব জাৎ খুদিংমক্কা নিংতম্বা অমসুং চাওখৎ থৌবাংদা অমগা অমগা লৈনবা মবী, থোইদোক হেন্দোক্লা মীওইবনা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না হেন্না হেয়া রাংখৎলকপা অমদি মনিং মথা তম্লকপা — পুম্নমক অসিগী অচুম্বা অওইবদু নিংহননবা লৈতনা কীবা নাইদনা, থিজিনবনা য়ুম্ফম ওই।

# তরাশুবা পন্দুপ

## তরাশুবা তাংকক

# জাত্তিগী ওইবা ৱাখল চেনবনা মরু ওইবা কান্নবা ভারততা অহোংবা পুরকপা তঙাইফদবা

হৌখ্রবা মতমগী থৌদোকপু মফম মবাং খংদনা লৌবদি ফত্তে; মদুনা হৌখ্রবা মতমবু অর্থ যাওহন্দে। মবমদি অসুম্না লাক্কদৌবিবা মতমগী থৌবম্না শাগৎপা ঙমলোই। হৌজিক ওইবিবা অমসুং তুংদা ওইবক্কদবা পুন্না মমাংদা (হৌখ্রবা মতমদা) থোকখিবদগী ওইবকপা ঙাকনি, লোইননা মাংগী মমি তাবিবান; মসিবু কাওথোকপা অমদি থৌশাদবদি শাগৎলবদু যুম্ফম য়াওদবনি, জাত্তি অমগী চাওখৎনফম ওইবা মক ফুক্তোকপনি। প্রজা মীযামদা পাঙ্গল অমদি লৌশিং হাপকদৌবিনা চাওববা শক্তি কযাগী মবক্ত খ্বাইদগী চাওববা শক্তি অমবু থৌশাদবনি। হৌখ্রবা মতমদা তৌবম্না থবক, চৎনবম্না চৎনবোল, ফংলকপা জ্ঞান পুম্নমক্কী অপুনবা জ্ঞান অমদি নিংশিংবনা জাত্তি অমা শেমগৎপগী চংদ্রবা য়াদ্রবা মচাক্রি; মতম অমদা ওইবম্না জাত্তিগী ফীবমদগী হৌজিক্কী ওইবনা হেন্না ফবা, চাওখৎপা হেল্লিবসি মবম অসিদগীনি। জাত্তি অমগী ওইবিবা ফাবমসি মতম অমদা হেক্তা ওইখিবনি হৌজিক মতমগী পৃথিবীদা লেপ্পা লৈতনা চাওখৎনবকইবা জাত্তিশিংগী মবমক্তা শোযদনা হেঙ্গা তিনগনি হাযনা মী অযাম্বনা খল্লি। শোত্থ শিথবক্লাব মবক মযাগী মীওইগা মবী লৈনবগুম জাত্তিগী কলচববু থবক শুবনা মশিঙ্গাং ওইবা শিনমীগী ফুবপুনা কবেমনৈ। পোথোক অমসুং মমলবু চাং অমদা লেপুনা শেঙ্গাও পায়বাশংনা পৃথিবীদা লৈবিবা জাত্তি পুম্নগী ফীবম শেমগৎ শাগৎপদা অমদি জাত্তি অমবু মাংহন্নবা লান্না লমজিংববু তাকপা-পুথোকপদা, লল্লোন ইতিক তৌবদা লাযনা পাও ফাওনবা, অথুবা মতমগী মনুংদা চৎথোক চৎশিন তৌবা ঙম্না, বেডিও অমদি সিনেমানা পাংবা যাবা মতেং পুন্না পাংলি।

খন্ন নৈনবনা হেনগৎলকইবা অদুক জাত্তিগী ওইবা ৱাফম (ৱাখল) হেন্না হেন্না থোকলকই লোয়ননা খঃবিবা অদুনা মতমদুগী ওইবিবা ফীবম লাকশিনলকই; মাগী মাগী হৌখ্রবা মতমগী চৎনবী চৎনবোলগী মপাঙ্গল, ফজবা, অমদি নৈনবগী নুংঙাইবা খিবিকপু মীওইবনা থীজিন গুমজিন্নবকলি। জাত্তি অমগী ওইবা শক্তম অমদি হৌখ্রবা মতমগী ওইবা কাযবু অমুক অমুক হন্না থি হুমদুনা পুথোকপনা হৌজিক্কী ওইবা মতমগী শিংথানবা যাবা চাওখৎপশিংগী মনুংদা অমনি। জাত্তি পুম্নগী ওইবা থবঙা মাংজিন থানা মকোক ওইবিবান হাযনা খন্নবিবা শু নোম্বা, খুৎনা, পাঙ্গলনা থবক তৌবিবা কাংবুগী থাক্তা পুখত্তুনা খ্বাইনা খংনববা, মহৌশানা লৈবম্লবা জাত্তগী চৎনবোলশিংদা অমুক হঙ্গনলকলে হাযনা লৌনাব। লাঙ্গাও নত্রগা মান্নবা থৌদোক কযানা জাত্তি পুম্বগী মান্নববা খুন্নাইবু থুগাযবি, মসি পুম্বসি মজাত্তবু নুংশিজবা কাংবুগী মফমদাদ অতে লৈবিবা খিবিক্তগী হেন্না তুক্কচানাংঙাই অমসুং কীনিংঙাই ওই। সোভিযেৎ ইউনিওনগী হৌজিকমক চাওখৎলকইবা আসমক হাযবিবা আসগী খ্বাইদগী মযেক লাববা খুদমনি। সমাজগী অমসুং অর্থানীতিগী মকওইবা তৎনা থানবা যাদ্রবা চৎনবোনব ঙমইবমখৈ থাদোক্কুনা থোযনা হেন্না কনশিন্না মজাত্তি মবৈবাক নুংশিবগী বাখল চেল্লি; পৃথিবীদা ওইবিবা জাত্তি পুম্নগী ওইবা শুন-নোম্নবিবা অসিদগী থোযনা হেন্না মবৈবাক মমা লৈবাকপু হেন্না রাংনা খল্লি। জাত্তিগী ইতিহাসতা মযেক লানা ইদুনা লৈবিবা অফাওবা মমিং চৎলবা মীওইশিংবু নৌহৌননা নিংনাবি লোযননা সোভিযেত্তা লৈবিবা মীশিংগী মবক্তা মখোযনা অকন-থৌ ওইবি। সোভিযেত্তা লৈবিবা মীশিংগী মবক্তা লৈনবিবা মবিংজেল মান্নবা, মপাঙ্গল ফুদোকপা অমদি লানফমদা অসুম্না মবিংজেন মথৌনা ফবগী শিংথানবা যাববা রেকোর্ড লৈবিবা অসিমক সমাজগী অমদি অর্থানীতিগী ফীবমদগী ওইখিবনি

হায়বসি চিংনিংঙাই কবিমতা লৈতে; নিয়ম নাইনা, পোথোক পুথোকপা অমদি শীজিন্নবা, বিজ্ঞান অমদি বিজ্ঞানগী থবক থৌবম চাওখৎহনবা, মতিক চাবা মৰৌশিং-মবুদ্ধি লৈবা অনৌবা লুচিংবা শেমগৎপা পুথোকপা লোয়ননা অফাওবা (পৃথিবীগী ওইবা) লুচিংবা কয়া থোবকহনবা মসিপুম্বা সমাজগী ওইবা থৌদাংদগী থোরকপনি। অদুগা জাত্তি অমগী ফীদমনিংঙাই ওইবা কয়াবু নিংশিংবা, চৎনবোলবু নৌহৌননা কায়দনা চৎহনবা, লোয়ননা হৌগ্রবা মতমগী ওইবা শককপু মমুৎ তানা খংজিনবা, অসিসু সমাজগী ওইবা থৌদাংগী শকক খরনি; হৌজিক হৌজিক্কী ওইরিবা অসিমকসু হৌগ্রবা মতমগী ওইখিবা অদুনা লেপ্পা লৈতনা চৎথরকপনি। বসিয়াদা লৈবিবা, মৰৈবাক নিংবা মীশিংগী ৱাখল অমসুং মিৎয়েং, থায়নগী ওইবা মওংগী মৰৈবাক-নুংশিবদগী হোংদোল্লকবনি ওয়্ন-তৈনববনি হায়বদা অবানবা ওইগনি। তশেংনমক মদু নত্তে। অহোংবা পুবকইবা তোপ তোপ্পা জ্ঞান লোযননা মখা তানা চৎথবকইবা পুম্বসি কাওবা য়াবা নত্তে; অহোংবা অদুদগী ওইবকইবা সমাজগী ফীবম লোযননা মসিগা চান্নববা ৱাখল অদু হোংবা লৈতনা লৈবা তাবনি। অসিগুম্বা সমাজগী ফীবম্না পৃথিবী অপুম্বগী তোপ তোপ্পা শক্তম শোয়দনা পুবকপা তাবনি। অদু ওইববা ফাওবদা, অসিগুম্বা মওংদা মজাত্তি মরৈবাক নুংশিনা অমুক নৌহৌননা লাক্লবসু মদু মতম মতমগী ওইবা শক্তমগা চান্নহনবা তাবনি, মদুদনা মীওইবগী মপাঙ্গল মথৌনা হাপকৎকনি।

সোভিয়েৎ লৈবাক্কী চাওখৎপগা অতৈ লৈবাক্তা লৈবা কমুনিষ্ট পার্টিশিংগী অমগা অমগা মান্নদবা মনুংঙাইগা অইন চাংদম্নবদি ৱাখল-লৌশিং ওইনিংঙাইনি। সোভিয়েৎ বিভোলুসনগী মতুংদা, অথুবা মতমগী মনুংদা, লৈবাক পুম্বদা লৈবিবা মীয়ামগী, মকওইবা মবন মথুম লৈজদবা থবক শুদুনা হিংবা মীযামগী, থম্মোইনুংদা অপাম্বগী অহানবা ৱাখলগী ইচেল অমা চেন্নবকখি। অসিগুম্বা অপাম্বগী ইথিল্না কর্মুনিষ্ট কাংবু অমদি কমুনিষ্ট পার্টি, মসি তমহনখি। মসিনা মবম ওইদুনা, হাযবিবা কাংবু অসিগা জাত্তি জাত্তিগী ওইনা লৈবা থবক শুদুনা হিংবা শিন্নীশিংগা অনিগী মবক্তা নুংঙাইনদবা মত মান্নদবা, খৎন চৈনবা থোবকখি। সোভিয়েৎকী চহি ৫ গী প্লান চৎথবকলিঙৈ মতমদা (অতৈ লমদা লৈবিবা) শিন্নীশিংগী অপাম্বা অনিংবগী অনৌবা ঈহৌ অমা অমুক নোৎশিল্লকখি; মদুনা শিন্নীশিংদা শোকহনবদগী হেন্না, মবক্কী ওইবা জ্ঞান লৈবা মীশিংবুনা হেন্না শোকহল্লম্মী। সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্দা ওইবম্না ফত্তবা অমোৎপা পুম্বা শেংদোকখ্রবা মতমদা, নিংহন্নবা অমা অমুক লাকখি। লৈবাক খবদা কমুনিষ্ট পার্টিবু নমথবমই; লৈবাক খবদনা কনখৎলম্মী। অদুম্নদি ওইবগা জাত্তিগী ওইবা নিযম মখাদা লৈবা শিন্নীশিংগা মখোযগা (কমুনিষ্ট পার্টিগা) মফম অয়াম্বাদ খৎনবম্মী। খৎনবিবসিগী মবম খর্বদি শেমদোক শের্মজিন য়াদবা নিযমগী মখাদা শিন্নীশিংনা লৈখিবর্ননি; অদুগা অযাম্বনা লৌনবনা কমুনিষ্ট পার্টি অসি মীবৈবাক্কী ওইবা কাংলুপ অমগী মীহুৎ ওইনা লৈর্বনি হায়না লৌবগা লোযননা মখোযনা (কমুনি͏ট পার্টিনা) কসিযাগী (কসিযাদা চৎলিবা) পোলিসি অদুতবু লৌই চৎলি হাযবনি। কমুনিজমবু পাম্না কযা অমা চৎনবকপা মতমদা জাত্তি অমগী ওইবা শিন্নীনা মখা তানা মীবোল কয়া কর্মুনিষ্ট পার্টিগা খুৎশম্মনা চৎমীন্নবমই। বসিয়া লৈবাক্কা চান্নবা মওংদা সোভিয়েৎকী পোলিসিদা হোংদোবকপা অহোংবা কযাদু, কমুনিজমগী পোলিসিবু পাম্না চৎলিবা লৈবাক অতৈদা লৈবা কর্মুনিষ্ট পার্টিশিংনা কবিমতা খংদে। বসিযাগীদমক্তা ওইনা ফবা যাবা অদুমক পৃথিবীদা লৈবিবা অতৈ লৈবাক পুম্বগীসু শোযদনা ফবম থোকই হায়বা অসিমক্তনা যুম্ফম ওইদুনা অতৈ লৈবাক্তা লৈবিবা কমুনিষ্ট পার্টিশিংনা কমুনিজম চৎলি। হৈ-শিংলবা থৱাই য়াওববা নিপা নিপী কয়া অমা যাওববসু কমুনিষ্ট পার্টিনা, জাত্তি অমগী ওইবা মীশিংনা পান্নবিবদু নাকোইননা-থমই, কবিমতা খন্দে; মসিনা মবম ওইদুনা জাত্তিগী ওইবা অপাম্বদু চৎথবকইবদুগা অনৌবা মবী থম্নবা সোভিয়েৎ ইউনিযন্না হোৎনবকই অদুগা অতৈ লৈবাক্তা লৈবা কমুনিষ্ট পার্টিন্নদি মদুদগী যাম্না লাপথোক্লনা চৎলি।

অতৈ মফমশিংদা কবি তৌবিবগে হায়বা অদুগী মবমদা, অখং-অহৈ শানা ঐহাক হাযনিংদে; অদুগা ভাবত্তদি জাত্তিগী ওইনা চৎথবইবা, ভাবততা লৈবা মীযাম্না পান্নবিবা অসিমক কবিনো হায়বদু ভাবত্তা লৈবা কমুনিষ্ট পার্টিনা কবিমতা খংদে অমদি খনদে। (ভাবত্তা) হৌগ্রবা মতমদা থোকখিবা পুম্নমক কমুনিজম্না তুক্কচনা য়েংবদি মশানা তাবনি হাযবসি ঐহাক্কা থাজৈ। মসিগা মবী লৈননা হাযববদা ইংশোক ১৯১৭, নবেম্বব থানুংদা পৃথিবীগী ওইবা ইতিহাস হৌখিবনি, অদুগা মসিগী মমাংদা থোকখিবা পুম্নমক ইতিহাস অসিগীদমক শেম শাবনি, ওইহন্নবা লাংশিনবা ঙাক্লি। চাওবাক্লা হায়ববদা, ভাবতকুম্বা লৈবাক অমদা, মশীং লাকঙমদ্রবা প্রজা মীযাম্না চাবা ফংদদুনা চবা হেল্লক্লবদা, শেম্বুমগী ফীবম কার্যাশল্লক্লবদদা কমুনিজম্না

পাক শন্না ৱাকৎপা তাবনি। অমবোমদা হাযবগা মদু অর্থ য়াওদবা ৱাকৎ অতৎ অথম নায়দনা থোবকপা ইফুৎকী মবী, মশানা ককথৎচখিবনা অমদি ঙাংথোক শকতোবকপদা থোকলকইবা লোনগী খোঞ্জেলনা (ভাবত্তা লৈবা) মীযাম প্রজাগী থম্মোইদা (খোম্থাং য়ৈদ্রবনা) কবিমতা পান্দ্রবনা কমুনিষ্ট য়াওদনা মপাঙ্গল লৈবা, কাংলুপ মচা অমা ওইনা, কমুনিষ্ট পার্টিনা লৈজবতনি।

মসিগী মতাংদা কবিমতা তৌবা ঙমদ্রিবসি ভাবত্তা লৈবিবা কমুনিষ্ট পাটিদা নত্তে। অতৈ কয়া অমসু লৈ, মখোয়না হৌজিক মতমগী ওইবা মতাংদা, মতমসিগী ওইবা থৌনাগী মবমদা, অমদি নোংচুপ লমগী ওইবা কলচবগী মকওইবা শকক্তা, মখৌ পোংনা পংঙাং ঙাংই অদুগা মখোয়গী ওইনা লৈবা কলচবগী মবমদদি কবিমতা খংদে। কমুনিষ্টকা মান্নদবা অমনা মখোযনা চৎলিবসি ফীদন্নফম ওইবা নিতি নিয়ম যাওদে লোয়ননা খুমাং চাওশিন্না চংশিনবা ঙম্না মপাঙ্গল শক্তি লৈতে। নোংচুপ হাবমগী মপান্তগী ওইবা শক্তম লোযননা মপান্তগী ওইবা অয়েংবশিংবু ফাজিনবা ঙমবা শকক (মীওইবনা পাম্মদ্রবা শকক) অদুতবু মখোয়না লৌই, লেপ্পা লৈতনা চাওখৎলকইবা সভ্যতাদা মখোয়না মাংজিন থংবা ওইনা মশাবু লৌই। ইচম চম্না, জ্ঞান য়াওদবা ঙহাক ঙহাক্কী ওইনা মশানা খঞ্জবা শেমজবা বাখলন্দা অশিংবা শাদুনা মখোযনা হিংই, অচৌবা সহব কয়াদা মখোয়না লৈ, নোংপোক নত্রগা নোংচুপ হাবমগী কলচবগ মবি ইবে লৈনদনা মশানা খঞ্জবা মওংদা মপুন্সি লেল্লি।

মবম অসিনা, হৌখ্রবা মতমদা ওইখিবদুনা হঞ্জন হঞ্জন ওইদুনা জাতি অমগী চাওখৎপা ওইবা য়াদে নত্রগা হৌখ্রবা অদুবু মিবাইথোকপা য়ানিংদবসু যাদে। (জাতিগী চাওখৎপসি) তনৌ তনৌবা মওংদা ওইবকপা মশানা তাবনি, মদুমক অবিবগা (হৌখ্রবা কযাগা) মবী লৈনবা তাবনি। কবিগুম্না মতমদা, থিনা খেননববা অনৌবনা হান্না ওইখিবা অবিবগী শক্তমগা মবী লৈননা মান্ননা উই, অসুম্না উবনা চাওকৎপনা লিশাংশিংনা চাওখৎলকপগী ৱাখল পোকহল্লি, মসিমক জাতি অমগী ইতিহাসতা মতম শাংনা লিশাংশিংনা শবক শিদনা চাওখৎলকপগী শক্তমনি। ভাবতকী ইতিহাস অসিমক অসুম্না ওইবকপা অহোংবগী চপচাবা বেকোর্দান, ওইবকইবা অহোংবসি অবিবা ৱাখলনচিংবা শককপু লিশাং শিংনা, মতমগা চাননা হোং হোংদুনা চত্থবকপনি (শম্না হাযববদা) অবিবৰু অনৌবা ওইহনবনি। মসিনা তাকপদি চত্থবকইবা অসিদা কলচবগী শবক শিবা, মবক তৎপা লৈতে হাযবনি, হৌখ্রবা নমিৎ থা কযাগী মমাংদা মোহেঞ্জোদাবোদা ওইবম্না অদুদগী ঙসিমক ঐখোযগী মতমদা ওইবিবা অসি ফাওবদা অহোংবা কযা অমা লৈখ্রবসু মহৌশাগী ওইবা অদুদি শবক শিদনা চত্থবকলি। থাযনগী ওইববু লোযননা চৎনবকলিবা ইনাৎপু লুনা নুংশিনা সনমান তৌবকলি লোযন লোয়ননা ৱাখলগী অহোংবগা লোযননা ৱাখলগী নিংতম্না অমদি থৌনা ফবগী খাংবা কনবসু লৈবকলি। অসুম তৌদুনা মনুংগী ওইবা শকক্তা অহোংবা তওনা লৈববসু মপানগী ওইবা শক্তমদি মতম পুম্বদা লেংদনা লৈবকলি। চহি লিশিং কযা চুপ্পা লৈবকলবা সমাজ অসি অহোংবা কৌবা লৈবক্রি। শক্তি লৈববা, চাওখৎপগী থাক্তা অহোংবা নাযনা, খুমাং চাওশিল্লকলবা ৱাখলনা হোংবা য়াদ্রবা, অচেৎপা ইনাৎকী শওমবু লাকশিল্লি, অসিগুম্না লাকশিনবনা অহোংবা লৈতনা, লেংদ্রবা শক্তমবু লিশাং শিংনা পুথবকলি।

অদুবু অসিগুম্না চাং অসি অবেপ্পা লৈতবা যাই, মমাই অমনা অমদা লুমশিনবা যাই লোয়ননা অতোপ্পা মাইকৈ অমবু লাকশিন থিংজিন্দুনা থম্না যাই। অহোংবা লৈতবা সমাজগী শক্তমগা মবি লৈনববা, তোপ তোপ্পা, ৱাখলগী নিংতম্না অমা ভাবতকী লৈজে। অসিগুম্নবা শক্তমশিং অসিনা, মমৈথংদা, ৱাখলগী নিংতম্নবু খুদুম চন্নশিল্লি লোযননা থিউবিদ নত্রবসু থবক্কী লমদা ৱাখলগী নিংতম্নবু হেন্না কন্নশিলহল্লি অমসুং পনখৈহল্লি। নোংচুপ থংবা ইউবোপুদি অসুম্না বাখলগী নিংতম্না লৈতে অদুগা সমাজগী শক্তমসু পংচেং চেংতে। বাখলগী নিংতম্না ফংনবগীদমক মতম শাংনা ইউবোপতা লাম্থেংনবমই, মদনা মবম ওইদুনা সমাজগী শক্তমসু হোংলম্মী।

ভাবত্তগী চীনাদনা হেন্না ৱাখলগী নিংতম্না লৈবমই, মহৌশাদগী লৈবকপা মনাৎপু নুংশিনা লুনা অমদি চেৎনা ঙাকপনা ৱাখলগী নিংতম্না অমদি মকওইবা ঙাকফম থোকপবু কৈদৌইঙদসু মাংহল্লমদে। যেলহৌইঙদগী লৈবকপা ইনাৎনা অসুম্না লাকপা অহোংববু কবিগুম্না পম্থহল্লি, অদুম্নদি ওইবগা লিববা মনাৎপু কায়দনা ঙাকলবসু অসিগুম্না ৱাখলনা অহোংববু কীবমদে। ভাবত্তগী হেন্না চীনাদা লৈবা সমাজনা অনিগী (ইনাৎ অমদি অহোংবগী) মান্নবা চাং অমা ইলেং লেংদনা থম্না হোল্লি, অসিগুম্না চাং অসি, চহি লিশিং কযাদা অহোংবা ফল যান্না লাক্রুনসু, লেংদনা ঙাকই। অবেপ্পা নিয়ম হোংবদা নিংতম্না,

ধর্ম্মগী মিৎয়েং অখুবা অমদি অককনবা লৈতবা, মীওইবগী লৈফম থোকপা লাইনা পীবকপা জ্ঞান অমদি মবম চাববু চেৎনা থাজবনা, অতৈ লৈবাকশিংদগী চীনানা হেনবা চীনাগী খুদোংচাবা অমনি। ধর্ম্মদনা ৱাংনা, কলচবদনা হেন্না অমদি লমচৎ শাজৎ চৎনবীদা হেন্না, অতৈ লৈবাক অমতনা চত্তে; মীওইবগী পুন্সিগী তোঙান তোঙানবা শক্তমবু অতৈ লৈবাক অমতনা মুন্না খংদে।

ৱাখলগী শকখংনববা নিংতম্বনা মবম ওইদুনা, থবক ওইনা চথবপদা অককনবা অবেপ্পা লৈদুনসু, ভাবত্তদি অনৌবা ৱাখলগী ইচেনবু খিংজিনবা লৈতে। পুন্সিগী শক্তমবু অচেৎপা নিয়ম মখাদা য়েংবদা, অককনবা অহোংবা নিতি নিয়ম চৎপদা, অতৈ লৈবাক্তগী হেন্না, ৱাখলগী নিংতম্বা অমদি ৱাখলগী অনৌ অনৌবা ইহৌদা, ভাবতনা হেন্না মমুৎ তানা চংশিনলি অমদি খল্লি। ভাবতকী ওইবা কলচবগী মকওইবা ফীদমদি, মবি-মখোং পাক্ল-শন্না হৌই; অদুগা মতম মতমগী ওইনা ওইবকপা অপুম্বগা চুশিন্নে। তবামাপাল শুবা শকাব্দদা, বিজ্ঞান অমসুং ধর্ম্ম অনিনা থিনা য়েৎনবক্তুনা ইউবোপ্পু থক থক নিকহনখিবা অদুমক ভাবত্তদি থোকখিদে; বিজ্ঞান লাক্তুনা চৎনবকপা অহোংবা অদুনা (ভাবত্তদি) হাননগী ওইবা ৱাখলগী ইচেল অদুগা মুক্লবা কবিমতা লৈতে। অসিগুম্বা অহোংবা লাকপসিনা ৱাখলগী ইচেন্দা ইহৌ অদুবু য়াদবা কবিমতা লৈতে, মদুগী মথক্তা ইহৌদুগী মশাগী ওইবা নিতি নিয়মগী ৱাখল অদুবু হেন্না ময়েক শেংনা মবম চানা লৌশিনবদা নত্তনা ভাবত্তা খন্নবিবা ৱাখলগী ৱাখলনুংদা ইহৌ অদুবু চাশিন্না অমতা ওইনা চংশিলহল্লি। অসুম্না তৌবা অসিদা ওইবকপা মকওইবা অহোংবা অদুগী নিতি নিয়মদু অবিবা ইচেন্দা অমতা ওইশিনর্মিন্নখিবগুম তৌই; অদুগা মদুমক মপান লমদগী নমফুদা হেক্তা থমদুনা চাশিনহলখি নত্তে, (লৈবাক অসিগী) মীয়ামগী ওইবা কলচবগী য়ুম্ফমদগী মশানা থোকচবকপা হৌবকপা ওইনা তৌই। মমাংঙৈদা ওইখিবা অদুদগী হৌজিক্তা হেন্না মসি লুনা থোকলে; মসিগী মবর্মদি, (হৌজিক্তা) তাংথক নাযনা অথিংবা লৈনা চাওখৎ খোংথাং থাংবনা, মতম শাংনা চংবা, লোযননা পাকশনবা অফবা অহোংবতগী অথুবা দবকাব ওইবননি।

অদুন্নদি ওইবগা হান্না লৈজববা ফীদম্নফম ওইববা ৱাখলগী মথক্তা হৌগৎলকপা, হেন্না ৱাংনা হাপকৎলকপা শকক্তা য়ানদবা য়েৎনবা অমদি লাকই; মসি লৈশিল্লকপনা ঙসি ঐখোয়দা অযেৎপা পীবি। হাপকৎলকইবা শকক অসি শোযদনা মচিন থুপচিনহনবা তাবনি মবর্মদি মসিমক মশানা অফবা নত্তে, অদুগী মথক্তা মতম মতমগী ওইবা ৱাখলগী ইচেনগা তাইওন্নবকই। মসিবু (হাপকৎলকইবা শককপু) লেংদনা থম্নবা হোৎনবশিংনা ভাবতকী ওইবা কলচবগী ফীদম্নফম ওইবা য়ুম্ফমদা ফত্তনবা থবক পায়খৎলকই, মখোয়না অফবগা ফত্তবগা অনি অমত্তা ওইনা তিনর্শিন্নে, শেত্তোক্লবা নত্রগা অনিগী মবক্তা অকনবা লেংলবোইদবা পনখৈ অমা থম্বা অবায়বা থবক নত্তে; মসিগী মতাংদা থিনা খেৎনববা মত কযা পীনে। থিউবিগী অমদি লোজিক্কী থোংদা পুথোকপসু দবকাব ওইদে; তত্তনা হোংবা পুন্সিগী লোজিক (য়েৎননিংঙাই লৈতনা মবমচাববা নিয়ম) লোযননা মথং মনাও কায়দনা ওইববা থৌদোকশিংগী খোংচত্তা মথং মনাও নাইনা ঐখোযগীদমক্তাদ লমজিংলি। টেক্নোলোজিকেল নত্রগা ফিল্লোসোফিকেল ওইবা (আর্টস নত্রগা ৱাখলগী লমদা পনখৈববা অচুন্না তানবা জ্ঞানগী ওইবা) মখল খুদিংগী চাওখৎপনা, পুন্সিগা, সমাজগী দবকাব ওইবগা অমদি পৃথিবীদা লৈবিবা থৱাই পানবশিংগী খোচৎকা মবি লৈনহনবা তার্বনি। হাযবিবা মবি অসি হেক লৈতবদা তৎপা শেমগৎ শাগৎপা (সৃষ্টি) অমদি লৈতবা যাদ্রবা মকওইবা পূম্নমক লেপ্পক্কনি লোযননা মাংথবক্কনি। হায়বিবা মবি অসি ঐখোয়না ঙাক্লবা লোযননা শীজিন্নববদি ঐখোয়গীদমক পীববা কান্নববা মকওইবা মচং মচাকশিং কবিমতা মাংহন্দনা, হোংবা নায়ববা ঐখোয়গী পুন্সিদা ইবোযনা চৎপা ঙমর্গনি।

হৌগ্রবা মতমগী ওইবা জ্ঞান ফংনবা, ঐখোযনা চংশিনবদা ফংইবা শকক অদুদি, মচাক কযানা তাশিন্দুনা লৈবল্লবা মুল্লবা শকর্কনি; অদুবু ভাবতকী ওইনদি পনখৈ নাইববনি। পনখৈ নাইববা শকক অদু তত্তনা লেপ্পুনা চথবকলি, পুনর্শিল্লবা শকক অদুবু মথং মথং ওইনা শকক মচেৎ কযা'মা থোক্লা থুগাযবি। অপুনবা শক্তমবু ঐখোয়না হৌজিক মকওইবা, ওইবা তান্নবি; পৃথিবীগী ওইববু শিন্দম্নফম ওইনা ঐখোযনা লৌবি। ভাবনা লাকশিনবনা চহি মতম শাংনা লৈবকলিবা মী অযাম্বনা অসিগুম্বা ৱাখল অমদি থবক্কী লমদা চাওখৎপা তান্নিংলবদি মীপুম খুদিং অমদি জাতি খুদিংগীদমক্ত ওইনা অপুনবা ৱাখল অমদি শক্তুম্বু থাজনা মকওইনা লৌবা হাযর্বসি তশেংনমক তঙাইফদ্রবনি। বিজ্ঞান্না চাওখৎলকপা লোযননা শীজিন্নবকপনা,

ঐখোয়গীদমক্তদি মসি পুন্নমক ওইথোকপা যাবা মওং অমা পুবকই; অদুগা অনৌবা জ্ঞান্না য়াম্না থিনা হেঙ্গিল্লক্লবসু মসিপুন্নবু হেন্না লুশিলহল্লি। তোপ তোপ্পা বিষয়দা অখননবা ওইনা খঞ্জিনবনা অমদি থিজিনবনা মীওইব পুন্সিগী অখন্নবা হিবমদা কুপ্পা যাবমখৈ কুপন্না থিজিনহনবা ঙমই; লোযননা অসুম্না তৌববতদা থোকইবা পোথোক্কী লমদা মীওইবনা খুৎনা শাবা ইণ্ডাস্ট্রিদা কুপ্পা য়াবমখৈ কুপ্পবা শকক ফাওবদা খন্দুনা পুথোকপা ঙমহল্লি। ৱাখল খনবা অমদি থবক শুবা অনিমক্কী লমদা মমুৎতানা লমফৈ ফাইদোক্তনা য়ানশিনবসিমক লেপ্পা লৈতনা চথবা চংশিনবা তাবনি; অদুনা মবম ওইদুনা চহি কয়া চুপ্পা চথবক্লবা মীওইবগী পুন্সি অমদি মথৌনা অনিগী অপুন্বা মুল্লবা ৱাখল অমদি শক্তমবু থৌগৎপনা হান্নদগী হেন্না মকওইবগুম তৌই। মসিগী ৱাখল অসিতনা হৌগ্রবা অমদি হৌজিকমক্কী ওইববু খন্নবা তাবনি লোযননা মসিতনা লৈবাক অমদি প্রজা মীয়ামগী আশা চাওথোকহনগনি। অসুম্না তৌববতদা ঐগী ঐগী ইশাগী লৈজবা জাত্তিগী চৎনবিবা ইনাৎ অমদি কলচবগী যুম্ফম হেন্না ফগৎহন্দুনা অতৈ জাত্তিগী চৎনবিবা ইনাৎ অমদি কলচবগী যুম্ফম হেন্না ফগৎহন্দুনা অতৈ জাত্তিনা হেন্না থাগৎলক্লবা ঐখোয়না তৌবা তাই লোযননা অতৈ লৈবাক অমদি প্রজা মীয়ামগা খুৎশমন্নদা চৎমিন্নবা ভাব তামিন্নবগী শকক হেনগৎহনবা তাবনি। অসুম তৌদুনা, হৌজিক মতমদা মীওইবগী মবক্তা অনেম অৱাং পংশোয় নাইবির্বসি নায়না অসুম লৈহনবগী মন্থঙা চপ মান্নবা থাক্তা চপ মান্নবা পুখৎলকপা ঙম্নবা হোৎনবদা মাইপাকপা যাই। মীওইবা হায়বসি পুন্না তাবা জীবনি হায়বা ৱাংলবা থাক্কী ৱাখলগী লনগৈনুংদগী মচি ওইবা শকক খনগত্রা, মদুদা হাপচিনবা যাবমখৈ হাপচিনদুনা অমদি মদুবু তুংদা ওইবক্কদবা শেমগৎ-শাগৎপদা পানশিন্দুনা, প্লুটোনা হায়বম্বা অদুগুম্না, "মতমপুন্নগী (মতম মতমগী) ওইবা লীলা অমদি থৱাই পানবা জীব (মী, শা, উচেক ৱাযা, উবা, নাপী শীংবী) পুন্সনা তৌবিবা খিবিক্কী ভাবক" ঐখোয়না ওইবকপা য়াই।

হৌজিক মতমগী ওইবা বিজ্ঞানগী চাওখৎপা লোযননা পৃথিবী পুম্নগী ওইনা ৱাবী বাতাই কয়া শান্নববা ফাওবদা, হৌগ্রবা মতমগী ওইনা ইতিহাসতা হেন্দোক্লা ইবমদ্রবসু জাত্ত জাত্তগী মবয়াই ওইবা অমদি তোখায তানগী মবম কযাম্না ঙসিমক চাওববা ৱাফম অমা ওইবি হায়বসি অংকপা অমদি মযেক লাববা অচুম্নি। মীওইবগী ৱাখল লিংজেল নএগা তোঙান তোঙানবা জাত্তিশিংগী মবক্তা চপ মান্নবা অমতা ওইবা অমা পুবকপা ঙমদর্বসিনদি চাওখৎলি হাযবিবা মচাওকৎ অসিদা কবিনো অমদি ইহো হোনা লৈবি। মীওইবা জাত্তগী মীবোন কযাদা তাশিনলম্নবা হৌগ্রব মতমগী ওইবা গ্যানগী নিংথনা অমতা ওইনা মপুংফানা পুনশিনবা ঙম্নবা খজিক্ত, নোল্লুক্লা হস্তদুনা য়েংনববদি মদুতনা অনৌবা ৱাখল পোকহনগনি অমদি খ্বাইদগী হেন্না কনশিনবা অমতা ওইবা লিচিং অমা পুবক্লবগী খুদোংচাবা পীগনি। হৌজিক্কী মতমদা মপুক্রিং চবাংনা অমগা অমগা ক্রক ক্রক য়েংনদুনা পুন্সি তালিবা অমদি হৌগ্রবা থৌদোকপু কবিমতা খন্দবা, মীবাইথোকপা মীশিংগী মফমদদি মসিমক মকওইনা দবকাব লৈববনি। অদুগা ভাবত্তা লৈবা ঐখোযগীদি ঐখোয়গী মতাংদা হৌগ্রবা মতমদা কা অমা হেন্না লৈবম্বনা অমদি হৌজিক্কী ওইববুনা থৌশানদবনা ভাবত অমদি ভাবতকুম্বা লৈবাকশিংগীদমক্তদি তোঙানবা অকনবা ৱাফম অমা দবকান ওই। ইশাবু অমদি পৃথিবীগী ওইলবু বাখল তানা শক খংনবা হোৎনবদা অপনবা পীবিবা ধর্ম্মগী ওইবা অখুবা মিৎযেং, প্রকৃতি অমদি প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈগ্রবা ৱাখল অমদি মিৎয়েংনা ঐখোযবু অফা অপুন্নবা ৱাখল, ধর্ম্মগা মবী লৈনবা হবাও কুম্মৌদা লুপখিদুনা ৱাখল খন্তবগী নীতি নিয়ম মাংহনবা (থৌশাদবা) অমদি লায তিন্দা থাজবনা লুপশিনবা পুম্নমক অস ঐখোযনা থাদোকপা তাবনি। হৌজিক্কী ওইবা ৱাখল থৌবম, হৌজিকমক ওইবিবা পুন্সিগী খোংচৎ অমদি পৃথিবীগী খোংচৎ, অমদি মশীং লাকঙমদ্রবা ঐখোযগী অকোযবদা লৈবিবা প্রকৃতিগী শক্তম পুম্নমক অসি খুদুম চেৎনা ঐখোযনা পাগশিনবা তাবনি। হিন্দু খবনা বেদবোমদা পুনশিন্দুনা বাবী শায, পাণ্ডঙল খবনা ইলসাম ধর্ম্মনা লৈঙাকপগী মং মংই। হাযনির্বাশিং অসি ফুদিত্তা মাংজোং চোংবগুম কাংদবদা পংখন খনবাঅতনবগী ৱাখলগুম্বনি, মবমদি হৌগ্রবা মতমদা অমুক হনজিনবা ওইথোক্তবনি। মতমগী লম্বীদি চংশিনবা চথবা নত্তনা অমুক হঙ্গৎলকপা যাদবা লম্বীনি।

মবমসিনা ভাবতকী ওইনদি ধর্ম্মদা হকচিন্না লুপশিনবা খোমথোকহল্লগা বিজ্ঞানলোমদা মাই ওনশিনবা তাবনি। নাযতোম তাবা ৱাখল অমদি চাওখৎপা থিম্বহনবা, আইন কনবা পাঙ্গল হাত্তোকপ, হুগী মশকুমলবা সমজাগী মনুংদা লৈনবিবা চৎনবী অসিনচিংবসি ভাবতকীদমক্তদি থাদোকপা তাবনি। ধর্ম্ম কর্ম্মগা মবী লৈনবা অমাং অশেংগী ৱাখলনা সমাজ অমগা অমগগী মবক্তা লৈনফম থোকপা মবী থম্নদা অচৌবা পল অমা ওইবতা নত্তনা সমাজগী তৌফম থোকপা থবক্কী লম্বীবুসু

খুজিনহল্লি। করি করম্ববু চাবা য়াবা, করিনা চব য়াদবা, কনাগা চামিন্নবা য়াবা, কনাগনা চামি থকন্নিবা য়াদবা, হায়বগী মতাংদা হকচিন্না মচু শংলবা হিন্দুগী হৌজিক হৌজিক চংলিবা ধর্ম্মনা লাই অমদি জীবগী মতাংদা লৈরিবা কান্নবা ৱাফমদগী হেঞ্জিন্না হেন্না মরী লৈনহল্লি। চাকখুমগী (চান থক্লবগী) ওইনা শেম্বা নিয়ম কানন্না সমাজগী মরী লৈননা লৈরিবা মপুন্সিবু খুদুম চনশিল্লি। অসুম্না লেনবা পুন্সিদগী পাওনশিংদি, মরাইবক ফবনা, নাহোকই, অদুম্নদি ওইরগা মখোয়গীসু মখোয়গীত ওইবা পুকচেন পীকবা নিয়ম, ধর্ম্মগী থৌদোক লোয়নননা ধর্ম্মনা মখোয়বু তম্বীরবা মচিন মনাওগুম অমগা অমগা নুংশিননবা পারা অদু কাওথোক্তুনা মখোয়না কন্না চংপা মশাতগী য়েংবা শাজং অমা লৈ। হীরম কয়াদা পুন্সিবু চাওখংহল্লম্বা অদুগুম্বা মাংহনখিবনা ঙসিদি হিন্দু অয়াম্বা ধর্ম্ম অসিগী থৌশাদবা মীহুংঙাক ওইরবসু হিন্দুগী ৱাখলদগী পাঙনগী ৱাখলনা থোয়না হেন্না ঙমখৈ নায়বা মচাক চেন্দবা ওইরে।

কাংলুপ খায়বা হায়বসি হিন্দুগী মরক্তা তোপ তোপ্পা নায়তোম তাবগী খুদম অমদি শক্তম অমনি। করিগুম্বদা অসুম্নসু হায়নৈ, কাংলুক খায়বা অসিগী মরমদা য়ুম্ফম ওইবা নিতি নিয়ম কয়া'মসু লৈ; অদুবু মতুংদা ওইরক্কদবা মাংনতাক্লনিংঙাই ওইবা হেনগৎলকপা লোয়নননা মদুনা থোকহল্লকদবা নায়তোম তানরক্কদবদু কোকহনগদবনি; অমদি মসি মীওইবগী অফ-ফত্তা খনবা ৱাখলদগী নত্তনা পোকলকপদগী ওইবা ওইনা লৌরোইদবনি। পোকলপদা চেন্নরকপা ওইনা লৌবদি মরম চাদবতা নত্তনা হীরম (মতাং) অসিবু থোয়না হেন্না ছম্মনহনগনি। ইতিহাসকী মরী হঙ্গত্তুনা য়েংলবদি কাংলুপ খায়বা অসিগী কান্নবা খরদি লৈ; অমদুম্নদি ওইরগা কাংলুপ খায়বা হৌগৎলকপগী মতম অদুদা তৌবগুম্ব হঙ্গৎনা চংপদি তশেংনমক ঐখোয় হৌজিক ঙম্নরোই; হৌজিকমক্কী ওইবা সমাজ শেমগৎ শাগৎপসিদদি মসিগী মফম অমতা খারুদে-থম্নদ্রে। (মীওইবগী) ফনবা খনবা জ্ঞান্না অচুম্বা পুরক্লবা লম্বী ওইনা লৌরগা অদুগা মীপুম খুদিংদা মাগী মাগী কান্নগদবা খুদোংচাবা পীরবা অদু ওইরবদি হৌজিক লৈরিবা সমাজগী চংনরোলশিংগী মনুংদা কাংলুপ খায়বগী নিয়ম য়াওহন্দবা তাবনি অদুগা তশেংবমকসু মুৎলবনি। মমাংঙৈগী মতমদা, কাংলুপ খায়বনা, থবক তৌবদা য়াবা য়াদবা অমদি অথিংবা লৈহল্লমই; অকন তান্নবগী থিজিন হূর্মাজনবা লোয়নননা লাইরিক লাইশু তৌবা তম্বগী থবক্কা খুৎনা থবক শুবগা তিন্নহল্লমদে; পুন্সি লেন্ননবা মশা মশানা খঞ্জদুনা অপাম্বা থবক পায়খৎপা য়ানরমদে; মদুমক (প্রোব্লেম) খংবদা ৱারবা ৱাফম অমনি। মদুমক থায়নগী ওইবা মনাৎতা শায়দাংদুনা, নমফুগী নিয়ম মখাদা চংনহল্লমবিনি। ৱাখল অদুমক, হৌজিক মতমদা খন্ন-চংনরকইবসিগা তাইওন্নবনা অমদি গণতন্ত্র (প্রজানা প্রজাগী সাসন) গী নিতি নিয়মগা চানানদবনা কাংলপু নায়বগী ৱাখল অদু পুমহোং হোংদোকপা তাবনি। ভারত্তা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা কাংলুপকী সমাজ শেমগৎ শাগৎপগী চত্থরকলিবা নিয়ম অসি অসুম চত্থহনবা তাবনি; মদু তৌরবা ফাওবদা হৌজিক মতমদা পায়খৎনরকইবা ইণ্ডিয়াদা অনৌবা মওংগী নিতি নিয়ম কয়া চংনরকপনা মমাংঙৈগী ওইবা নিয়ম পুম্বা মচিন থুপচিনবা তাবনি লোয়নননা অহোংবা কয়া পুরকপা তাবনি। হৌজিক মতমদা, মফম পুম্নমক্তা, সমাজ শেমগৎ শাগৎপলোমদা চংশিন্নরকলি; অসুম্না চংশিন্নরকপা অসিদা মাগী মাগী ৱাখল মতুংইন্না চত্থবা ঙম্নবা তোঙানবা চানগদবা শক্তি পীশিন্নরি। মসিমক ভারতকী লিরবা ফীদম্নফম ওইবা ৱাখলগা খুৎশম্নবনি।

থবক্কী লমদা মফম পুম্নমক্তা মান্নদ্রবসু চহি কয়া য়ুগ কয়া চুপ্পা পাম্নরকলিবসিদি মীপুম খুদিংমক চপ মান্নবনি। মী অমবু অতোপ্পা মীওই অমগী সম্পত্তি ওইনা থম্বা, ৱাহৈগী নেম্নবা ৱাখল মতুংইন্না হায়রবদা মীনাই-ওইবা নায়বা হায়বা অসিমমক ঐখোয়না থাদোক্লবনি। অদুম্নদি ওইরগা মমাংঙৈদা চংনরম্বা নিতি নিয়মদগী হেন্না ফত্তবা নিয়ম মখাদা অনৌবা মওংগী মীনাই ফুঙ্গা নায়বা অমা পৃথিবীগী মফম শিনবা থুংনা চংনরকলি। মীপুম খুদিংবু নিংতমহল্লিবসি হায়বগী নামাদা রাজনিতি অমগী অর্থনিতিগী চংনরোন মখাদা মীওইবা জাত্তিবু ওৎ নৈরি, মথৱাই য়াওদ্রবা লল্লোনপোৎকুম লৌনরি। অদুগা অমুকসু মী অমা, অতোপ্পা মী অমগী সম্পত্তি ওইদ্রবসু লৈবাক অমা জাত্তি অমা অতোপ্পা লৈবাক অমা অমসুং জাত্তি অমগী সম্পত্তিদি অদুম মওইরি; অসুম তৌবসিদা পুন্না মীনায় ওইববু ৱানা খাংজরি। জাত্তি খায়বসিমক ঐখোয় মতমগী ওইবা খ্বাইনা খংনরবা শক্তম অমনি; কাংলুপ অমত নত্তনা জাত্তি চাওবনা ঐখোয়গী মপু ওইরি।

অদুবু মতমগী পাঙ্গলনা মায়পাক্লক্কনি। থোকপা অমা তৌদুনা ভারত্তদি ঐখোয়না পুম্নমক চপ মান্নববু তানগনি। মসি হায় হায়দনা হকচাং ফবদা নত্রগা লৌশিং শিংবদা নত্রগা ধর্ম্মগা মরী লৈননা জ্ঞান লৈবদা মী খুদিংমক চপ মান্নগনি হায়বদি

নত্তে; মদু ওইহনবসু য়ারোই। ঐখোয়না হায়বিবদি মীপুম খুদিংগী খুদোংচাবা অদু চপ মান্নবা ফংহনগনি কনাগুম্বা মী অমা নত্রগা কাংলুপ অমনা রাজনিতি, অর্থনিতি নত্রগা সমাজগী ওইবা মতাংদা খুদোংচাবা চপ মান্ননা ফংনবগী লম্বীদা অথিংবা পল অমতা লৈহল্লোয় হায়বনি। মসিনা তাকইর্বদি মীওইবগী মবক্তা লৈবিবা থাজবনি। অতোপ্পা কাংবু অমনা মতম শাংনা নমথদুনা থমবীবা, নিয়ম অমগী মখাদা খুদোংচাবা ইৱাক্ত ৱাৎহনবা নত্তনা শোথহৌববা নত্রগা নমথববা কাংবুনা খুদোংচাবা ফংদবা ফংহন্দবা, ফংনবা মশানা তৌওমদবা অসি মখোয়গী সত্র নত্তে হায়বসি খাইনা খংনববা অচুম্বনি। জাতিগী নত্রগা জাতি পুম্নমক্কী ওইনা চাওকৎপা অমদি খুমাং চাওশিনবা হাযবসি পুম্নমক্কী ওইববা অপুনবা মথৌদাংনি অদুগা শোথহৌববা কাংলুপনা অতৈ অতোপ্পা কাংবুবু চিংনৈ হায়বসিমক হৌজিক মতমদা পৃথিবী পুম্বনা খংনববনি। মবম অসিনা মথে মশিন তম্বদা, শেঙ্খুমগী মতাংদা অমদি কলচব চাওখৎহনবদা তোপ তোপ্পা খুদোংচাবা অমা শোথহৌববা কাংবুদা পীদুনা, মখোয়দগী হেন্না খুমাং চাওশিনগ্রবা কাংবুগা মী মান্ননবা হোৎনবীবা নত্তনা অতৈদসু মান্নবা খুদোংচাবদু পীবা তাবনি। ভাবক্ত লৈবিবা মীপুম খুদিংনা খুদোংচাবা ফংনবা থোং হাংনবা হোৎনববতদা অওকপা ফংলবা পাঙ্গল অমদি শক্তি (হাপকদবনি) লৈগদবনি মদু তৌববতদা অওকপা ফংনা থুনা লৈবাক অসি মওং অমা তাগনি।

মতমগী পাঙ্গলনা মান্নহনবা পুবকলবতদা মদুদা চাশিন্ননবা অমদি মথৌ হাপকৎনবা শেঙ্খুমগী ফীবম অমা লাকপদি মশানা তাবনি। ভাবতনা হৌজিকম লোই লম অমা ওইনা লৈবিবা অসি হার্যববা অসিগীদি তাইওন্নবনি। শেঙ্খুম্নচিংবা শাক্ত পুম্বা মী থবতনা পাযশিনবা অসিনা মান্নবা পুবকপা ওমহন্দবগী যুম্ফমনি মসিনা মীপুম খুদিংগী পুন্সিগী নিতিগী ওইবা খোংচৎপু শোকহল্লি। মসিনা জাতি অমগী হেনগৎপা লাযনা ফংলক্কদবা শক্তি অমদি শেমগৎ সাগৎপবু নমথহল্লি, মপাঙ্গল মথৌনা বুদ্ধি লৌশিং ফাজিন্দুনা থমই চম্মনহল্লি, দাযী লৌবগী লিংজেল মাংহল্লি (দায়ী লৌনিংহন্দে)। অসিগুম্বা ফীবমদা তাদুনা অৱাবা নংলবা কাংবুদি মশাগী ইজৎ ডাক্রবা ৱাখল লোয়ননা মশাবু মশানা থাজজনবা শক্তি মাংশিল্লকই। চাওববসু পীক্রবসু রাজনিতি অমসুং অর্থনিতিবু কায়দনা খুৎ চনশিন্দুনা চাওখৎ থৌবাংদা খুমাং চাওশিন্নবা হোৎনবনা, লম্ফাংলবসু ভাব চকী মাইকৈদা তৌদ্রবা যাদ্রবা প্রোব্লেমনি। হার্যবিবা অসুম্না রাজনিতি অর্থনিতিবু খুৎ চঞ্জবা অমদি মশাগী য়েংদুনা শক্তি পুম্না পার্যশিনবা অনিসমক লৈঙাকপর্দাদি খুমাং চাওশিল্লবনি। অদুবু অনি অসিমক অমগা অমগা তাইওন্নে।

রাজনিতিগী অহোংবদি মশানা লৈফম থোকপনি অদুগা অর্থনিতিগী অহোংবদি মায়না লৈবা মশানা তাবনি। ডেমোক্রেটিক ওইনা, হান্না কযাৎ যাৎথোক্লবা হিবম মখাদা পুথোবকপা পোৎথোক্কী মতুংইন্না অসিগুম্বা অহোংবসি লাক্কনি। আবঃ ঐচঃ টৌনিনা হায "খনগৎলিবা অসি, লনাইগী ওইবা দাযী য়াওদবা মোনোপোলি অমসুং প্রজাগী ওইবা দাযী লৈবা মোনোপোলি অনিগী মবক্তা নওনা চাংদন্নবা (অমগা অমগা চান্দন্নবা) অমসুং মোনোপোলি অনিগী মবক্তা নত্তে।" শেঞ্জাও পাযবা ষ্টেটশিংদসু প্রজাগী ওইবা মোনোপোলি চাওখৎলি অদুগা অদুম্না চাকৎপদসু অদুম্মক চৎথখিগনি। মখোযগী মনুংদা লৈবিবা ৱাখল অমসুং লনাই প্রজাগী ওইবা অনিগী মবক্তা চয়েৎনবা লৈবিবসি অকোনবগী অসি মচন থুপচিনদ্রবা ফাওবদি অসুম মথৈখিগনি। ডেমোক্রেটিক্কী ওইবা পোথোক হাযবসি লনাই প্রজাগী ওইবা মবন মথুমবু লোযশিনবা, মচিন থুপচিনবা হায়বা নত্তে, মসিনা খংনগদবদি অপীকপা অমদি অচৌবা ইণ্ডস্ট্রি কলকাবখানাগী মপু প্রজাগী ওইবনি। কো ওপরেটিভ নত্রগা মীযামগী মখুত্তা লম শিন্নবা হাযবনি। মকওইনা ভাবওদি, অচৌবা ইণ্ডস্ট্রি কযা অমা লৈসগী মথক্তা মীযাম প্রজাগী ওইবা অপীকপা অমদি খুঙ্গংগী ওইবা ইণ্ডস্ট্রি কযা অমা লৈহনবা তাইযদবনি। ডেমোক্রেটিক্কী ওইবা মীযামগী অপুম্বা পোথোক লৈহন্নবা অসিগুম্বা পথাপ অমা থম্বা তাববদি চেকশিন্না নথং মথং ওইনা হান্না কাযাৎ যাৎথোকপা লোয়ননা প্রজা মীযাম্না মতম মতমগী ওইনা অহোংবা নাযনা দবকাব ওইবকপাশিংদ্ পুথোকপা তাবনি। ওইথোকপা যাবা মওংদা, পোথোক পুথোকপা ভুম্বা শক্তি পাকথোক চাওথোকহনবা মসিগী অনিংবা উদেশনি, অদুগা মতাং অসিমক্কদা জাতিগী ওইবা শু নোম্বা ভুম্বগী শক্তি পুম্বা, তৌবা যাবা থবক কযা পাংথোকপা শীজিন্নগদবনি লোযননা (সবকাবগী) থবক ফংদবগী নুংনাংবা কোহনগদবনি। কনাগুম্বগী (মশানা তৌনিংবা) থবক খনবদা হেক যাবিবমথৈ মনিং তমহনগদবনি। মসি তৌবদা, তৌবিবা থবক অদুগী মথৈ, অশুমনগী মনিং তমহনগদবনি। মাস তৌবদা, তৌবিবা থবক অদুগী মথৈ, অশুমনগী মান্নদবা যাই, অদুগা হেক যাবিবমথৈ মান্নবা চাকথুং ফংহনবা তাবনি লোযননা (পাযখৎলবা) থবক খুদিংমক মান্নবা থাক্তা চাওখৎহনগদবনি।

হৌজিক মতমদা তৌরিবা থবকশিংগী মরক্তা পাক চাওনা খেৎনরিবসি মুখৎকদবনি; খুৎশুমন, অফংবা, অতোংবা শেনফম্না খেননবনা (মরুওইনা) মরম ওইদুনা তোঙান তোঙানবা খেননবা কাংলুপ থোরকইবসি চাং হৃহ্নগদবনি।

অসুম্না পুরকপা অহোংবনা, শেন্দোং হেন্না তানবদা খুদুং ইল্লবা হৌজিক মতমগী ইনখৎলকইবা সমাজবু মথক মখা ওলহনবা তাবনি। শেন্দোং তানবদা হৈনরিবসি খর মখৈদি হৃথখিবা য়াই; অদুবু মসিনা খুদুম চনবদি য়ারোই অমদি হৌজিক তৌরিবা অসুম্না খুদোংচাবা লৌবা য়াবা অপাম্বদি লৈবা য়ারোই। ভারত্তা লৈবা মী খুদিংমক্কী ৱাখলদা শেন্দোং তানবগী অপাম্না চপ মান্ননা লৈ হায়বদি হায়মবা থোক্কনি, ওইথোক্তবনি; মদুম্নদি লৈবা য়ারোই। ওইথোক্তবনি; অদুম্নদি ওইরগা নোংচুপ লমদমদা তৌবগুম্না ভারত্তা মসি তৌবসি (শেন্দোং তানবসি) অদুক কন্না থাগৎনদে হায়বা অসিমক চুমদবদি নত্তে। শেনয়াম্না পায়বা মীবু কল্লকপদি য়াই, অদুগা অদুগুম্বা মীওইবু মরুওইনা সম্মান তৌবা নত্রগা থাগৎপমক্তি তৌদে। সম্মান তৌবা অমদি থাগৎপা হায়বসি খ্বাইনা ফৈ অমদি জ্ঞান লৈ হায়না খংনরবা নিপা নত্রগা নিপীগী মফমদা চৎনৈ; মরুওইনা মশাগী ওইজবা থাদোক্লবা নত্রগা মশাগী লৈজবা পুম্বা লৈবাক প্রজাগী ফনবদা কথোকপা শীজিন্নবা মীওইশিংবু ব্যবহার তৌনৈ থাগৎনৈ। ভারত্তা লৈবা মী অমদি মীওইবগী ৱাখল মিৎয়েংদা শেঙ্গুম খোমজিনবতনা মশিঙ্গাং ওইরবা মীবু কর্দৌঙৈদসু য়ানদে (থাগৎনদে )।

তাশিন-খোমজিনবা (পোখোক হেনগৎহনবা) হায়রিবসি মীয়াম অপুনবগী ওইনা খংনরবা লোয়নননা মীয়াম অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা তৌববুনি। মীয়াম্না, অমতা ওইবা কাংলুপকী ৱাখলদা, থায়না মতম কয়াগী মমাংদা, ভারত্তা লৈরম্বা সমাজনা খল্লম্বা ৱাখল্লোনগা মসিগা মপুং ফানা চাশিন্নৈ। সাহেবনা (বৃটিশনা) ৱায়েল্লিংঙৈ মতমদা ভারত্ত লৈরম্বা হৈনরম্বা মীয়ামগী অপুনবা অমতা ওইবা ৱাখল মরুওইনা খুঙ্গংগী লমদা খুঞ্জা মশেন অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা পাল্লম্বা, মাংহনবনা ভারত্তা লৈবা মীয়ামদা শাথীনা শোকহল্লি; হেন্না থিনা শোকহনবদি, শেঙ্গুমগী ফীবম শোকপদগী ৱাখলদা শোকচিনবনা হেল্লি। শোকচিল্লিবা অসিগী মহুত্তা অফবা করিমতা লাক্কে; শোকচিল্লিবা অসিনা ভারত্তা লৈবা মীশিংগী নিংতম্বগী ৱাখল লিংজেন মাংহল্লি, মখোয়গী দায়ি লৌবগী ৱাখল কাওহল্লি লোয়নননা মীয়ামগী ওইনা কান্নগদবা থবক পাংথোকপদা অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা অমত ওইনা নোমনিংবগী মপাঙ্গলদু মুখৎলি। লৈবাক অমগী কয়াৎ অমদি মরুওইবা শরুক ওইরিবা খুঙ্গংনা নোংম নোংমগী মপু পান্দবা লম ওইশিল্লকলে, লৈরং তাখৎপা খাংপোক অমদি নাতৈ চাদবা মীওইগী জাগা ওইখ্রে। অদুবু হৌজিক ফাওবদা উদবা খংদবা মরী অমনা, খুঙ্গংবু অমতা ওইনা পুনশিনহল্লি; অসুম্না থায়নগী ৱাখলবু নৌহৌনহল্লি। মতম কয়াগী মমাংদা চৎনরম্না ইনাৎ হনজিনবা খুদোংচাবা লৌব, মীয়ামগী অপুনবা অমতা ওইবা একতা শেমগৎ শাগৎপদা লম শীজিননবদা (মহৈ মরোং থাবনচিংবা থবক পায়খৎপদা), অপীকপা মখলগী খুৎ শা হৈবা থবক কল কারখানা লিংখৎপদা মীয়ামগী অপুম্বা অমদা ওইবা মওংদা পায়খৎপদা, লায়না ওইথোকপা য়াবদি লৈরি। (খুৎলোয়বা মওংদা মীয়ামগী অমতা ওইবা অপুনবা ফার্ম অমা ওইহনবা, মরী লৈনহনবা ইতত্তনা য়ারবসু) খুঙ্গং অমা শেঙ্গুমগী অপুনবা সংস্থান অমা ওইবদি মতম শাংনা য়ারক্তবদি; অদুম ওইনমক অচৌবা রাজনিতিগী ওইবা পল্লোনগী মনুংদা (নিয়ম মখাদা) খুঙ্গংগী ওইবা তঙাইফদনা দরকার ওইববু য়েংশিন্নবা, মশানা মশাবু ঙাকচবা ঙম্বা সংস্থান অমা ওইনা থবক পায়খত্তুনা সরকারগী ওইবা মীয়ামগী থবক পুনবা মীয়ামনা খনা মীহুৎকী সংস্থান অমা নিংথিনা ওইহনবদি ঙমখিগনি। অয়াবা মওংদা মীয়ামগী মীহুৎ সংস্থান অমা ওইনা মসিবু লৌবা য়ারবদি, ইশম শম্না মীহুৎ খন্দুনা থাগৎলকপা মীহুৎকী মশীং হৃহ্নগা প্রোভিন্সকী অমদি ভারত অপুম্বগী ওইনা নিংথিনা তৌবা য়াবা ইলেক্সন লায়না তৌবা য়াগনি। মহৈ মপুং ফারবা খুঙ্গংগী নিপা নিপীনা খনগত্তুনা থাগৎপা ভিলেজ কাউন্সিল হেন্না চাওবা ইলেক্সন, মীখনগী ইলেক্টর ওইনা ভোট থাদহনবা য়াই। খুৎথাংনা ভোট্টর ওইদুনা পাংথোকপা মীখলনা খুদোংচাবা য়ৌনা কান্নবা অচুম্বা ওইদবদি য়াই অদুম ওইনমক ভারত্তা তৌরিবসিনা য়ুম্ফম ওইরগদি খুঙ্গং অমনা ইউনিট অমা ওইনা লৌবা য়াগনি হায়বসি ঐগী থাজবনি। মসিনা হেন্না দায়ী পুবা অচুম্বা মীহুৎ ওইহনগনি।

লম লমগী ওইনা থাগৎলকপা মীহুত্তা লমগী (ফার্মগী) অমদি ইণ্ডষ্ট্রিগী সনস্থান ওইনা লৈবা অপুনবা কো-ওপরেটিভশিংগী থাগৎলকপা মীহুৎসু হাপচিনগদবনি (য়াওহনগদবনি)। অসুম তৌদুনা লৈবাক অসিগী ওইবা প্রজানা প্রজাগীদমক শাসন তৌজবা ডেমোক্রেসি শাগৎপদা লম লমগী ওইবা মীহুৎ অমদি মীয়ামগী অপুনবা ফার্ম অমসুং ইণ্ডষ্ট্রিনা

থাগৎলকপা মীহুৎ য়াওহনবা য়াগনি লোয়ননা লৈবাকসিদা লৈবা মীয়ামগী নিংতম্বা অপাম্বনা য়ুম্ফম ওইহনবা য়াগনি। অসিগুম্বা খুশিন থরদি ভারত্তা মতম কয়াগী মমাংদা ওইরম্বা অমদি হৌজিকমক ভারতকী ওইনা দরকার লৈবা অদুগা মপুংফানা চান্নহনবা য়াগনি। (বৃটিশকী শাসন মথাদা শেন্নরম্বা মরম পথাপ অদু নত্রগাদি)( কায়নিংঙাই মরম অমতা লৈতে; মীয়াম্না নিংশিংবা অমদি পামজরম্বা মমাংঙৈগী অদু কায়দনা চত্থরকপনি হায়না প্রজা মীয়াম্না অদু খনগনি।

অসুম্না ভারত্তা থাংজিল্লকপা খোংথাং অসি পৃথিবীগী জাত্তি পুম্বগী রজিনিতি অমসুং অর্থনিতিগসু অমতা ওইনা চান্নগনি। অতৈ জাত্তিগা য়েৎননিংঙাই করিমতা ওইরোই; পৃথিবী অমদি এশিয়াদা শান্তি পুরক্লবা অচৌবা মপাঙ্গল কন্নবা মরম অমা ওইগনি। ঐখোয়গী অপাম্বনা ঐখোয়বু থুমহৎলবসু ঐখোয়গী ৱাখলনা মসিবু খম্বদুনা খংবা ঙমদ্রবসু নোংমা নোংমগী লেপ্তুনা ঐখোয়বু পুশিন হোইজিল্লিবা অসিনা পৃথিবী অসি অমতনি হায়না শক তাকপা খংহনবদা মতেং পাংগনি। ওৎপা অমসুং নৈহৎপগী কীরবা ৱাখল খলহন্দ্রবা ভারত-প্রজা মীয়াম্না অমুক হন্না শারেব তানখৎলগনি, নাইতোম তাবা অমদি জাত্তিগী অপীকপা ৱাখল ফাওবা থাদোকপা ওন্নগনি। থায়নদগী লৈজরক্লবা ভারতকী ইনাৎ অদুদা চাওথোকহনবা মখোয়না খঞ্জবা মখোয়গী ৱাখল মখোয়গী থম্মোইগী অপাম্বদু অতৈ মীয়ামদা অতৈ জাত্তিশিংদা খংহল্লগনি উৎলগনি, মখোয়গী মপা মপুনা লময়ান পুরেন ওইদুনা থায়না থিরম্বা, থিগৎলম্বা মাইকৈদা অতৈ জাত্তিগা চৎমিন্নদুনা, পাক চাওববা পুক্লিং শুববা পৃথিবী অসিগী প্রজা ওইরগনি (ওইমিন্নরগনি)।

# তরাশুবা পন্দুপ

## তরামাথোইশুবা তাংকক

## ভারতবর্ষ ঃ

## খায়দোকপা নত্রগা অকনবা জাত্তিগী ষ্টেট নত্রগা হেন্না পাঙ্গল কনবা জাত্তিগী ষ্টেটকী সেন্টর

কনাগুম্বা অমগী আশা অমসুং অকীবা অনিগী চপ মান্নবা চাংচৎ অমা পুথোকপা নত্রগা কনাগুম্বা অমগী রাখলগী অনিংববু পুনিংবা মাইকৈদা পুগে (মচু শংনিংবা শংগে) খনবা অদুগুম্না কনা অমগী অনিংববু থিংবা, লুনা থোকই। ঐখোয়গী অনিংবা পামজবদি মবমচাববু শৌগৎনবা হোৎনবনি লোয়ননা ঐখোযগা চান্নদবা মবম অমসুং মবৈ তৌববু য়েংনিংদবা, য়ানিংদবনি। চুম্না বিচাব তৌবা ঙম্নবা অমদি তৌগদৌবিবা থবক্কীদমক অচুম্বা য়ুম্ফম থিবা ঙম্নবা চপ মান্নবা চাংচৎ অমা ফংনবা ঐহাক্তা হোৎনৈ; মাইপাক্তা থৌঙম্বা ঙমগদবা কয়া য়াম্না রাৎলিবগে অমদি উবা ফংদ্রবা যোৎকী বাবনা ঐহাকপু কোযশিন্নবা অমদি শেমগৎ শাগৎপগী সিমানাদগী ঐহাকপু থাপতোকহন্নবা চথবকলিবা লম্ফাংলবা রাখল অমদি লিচিংদগী কবম্না ঐহাক্তা নাম্ব্রোকপা ঙমগদগে হায়বদু ঐহাক খংই। অসুম তৌদুনা অতে কয়া অমসু তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা লান্না চৎনবা য়াই। মী অমা অমদি জাত্তি অমগী ওইনা হৌখ্রবা মতমদগী খেননবকপনা মবম ওইদুনা ভাবতকী অমদি পৃথিবীদা ওইবিবা ভাবতকী ফীবম অমসুং থৌদাংগী মতাংদা ভাবতমচা অমনা খনবগা সাহেব (ইংলিসমেন) অমনা খনবগা রাখল অনি অসি ফাক লৈনৈ অমদি খেননৈ। মী অমনা অমদি জাত্তি ফুকপ অমনা মখোয় মখোযনা তৌবা, তৌবা থবক্কী মতুংইন্না মখোয় মখোয়গী পুম্ব্রুং অদু শেমনৈ; হৌখ্রবা মতমদা তৌখিবা থবক্তা মখোয়না হয়েং তৌগদবা থবক্কী পবিং হুনগনি। মচাক অমদি মহৈগী (মচাক লৈবগা মদুদগী মহৈ ফল ফংনবগী) আইন অমদি হৌখ্রবা মতমদা ঐখোয়না থৌঙমখিবনা শেম্বা ঐখোয়গী লাইবক অমদি পম্ব্রুংফম অসি ভাবত্তা মখোয়না কর্ম্ম কৌই। মসিমক শোয়বা য়াদ্রবা পম্ব্রুংফমনি হাযনিংঙাই লৈতে, অতে মবম কযা'মনা মসিবু খুদুম চল্লি অদুদসু নত্তনা মী অমগী আইন কনবনা ফাওবনা অচৌবা শবকু য়াবকই হাযনা খল্লে। হৌখ্রবা মতমদা তৌখিবা থবক্কী মহৈবু খেননহন্নবগীদমক অসিগুম্বা নিংতম্লসিবু লৈহন্দ্রবদি থাঙ্গেশেংবমক, শোয়ফদ্রবা লাইবক্কী য়োৎকী কাজম্লীনা চপশিল্লবা কবিসু লৈত্রবা বোবোট, ঐখোয পুম্নমক ওইবগদবনি। অদুম ওইনমক, মী অমগী অমদি জাত্তি অমগী ফীবম মওং শেম্নবা হৌখ্রবা মতমগী কর্ম্মনা মপাঙ্গল লৈববা মচাক ওই; হৌখ্রবা মতমগী অফ ফত্তা পুম্নমক নিংশিংহনবগা লোয়ননা মদুগী মমি অদু জাত্তি অদুগী মথক্তা তাই।

হৌখিবা মতমগী ওইনা থোকখিবা থৌদোক্তা মথং মথং থংথবকপনা তোপ তোপ্পা মী অমদা পাঙ্গল হাপ্পদগী জাত্তিগী ওইবা কাংলুপ্তা হেন্না পাঙ্গল হাপই; মশাগী ওইজবা, রাখল য়াওদবা, অপাম্বনা মী অমবু হোইদুনা পুবদগী মীযাম্বুনা হেন্না কন্না হোয়দুনা পুই, অসুম তৌর্বাসিনা মীয়াম্না চৎলিবা মাইকৈ অমদি খোংচৎ অদু হোংহনবদা হেন্না লুনা থোকলি। লমচৎ শাজৎ খন্ন নৈনবনা মী অমা মথৌ মপাঙ্গল হাপ্পদি য়াই, অদুগা মী কাংলুপ অমদদি কবি অমতা তৌবা য়াদে; মী কাংলুপ অসিনা চাওবা হেল্লিবা অদু মতিক ময়াইদু চাং অমদা ময়েং তাথখিগনি। হৌজিক কালগী তাইবংপালবা অসিদদি তমথীববা থৌবম পবেংনা মীওইবা কাংলুপ্পু পুনিংবা মাইকৈদা হোইদুনা পুবদা থোয়না লায়না থোকই। অদুগা

করিগুম্বদা, খজিক তাংনা থোক্লবসু, কাংলুপ ওইখিবা হায়বসিনা মীওইবগী হৌন-লমচৎ লৈনরিবা অদুদগী হেন্দোক্লুনা কনাগুম্বা অমবু মশাতগী ওইজবা তানবা কয়া'মানা অমদি মপুকচেল পীকপা রাখল কয়ানা নমথদুনা থমই। অয়াম্বা মতমদা, মী অমগী ওইফম থোকপা অবস্থাদগী কাংলুপ অমগীনা য়াম্না হেন্না লৈখা তাবসু য়াওই।

লাঞ্জাও তৌনবনা মদুগী ফল অনি লৈগনি; অদুগা খুৎ চনশিনবগী ময়াইনা লমচৎ শাজৎকী লৈফম থোকপা চাং রাংমা লানখিবনা লুতোন কাবকই; লোইননা সভ্যতানা মতম চংনা হুমাং তানা শেমগৎ শাগৎচরক্লবা জাত্তিগী অবস্থা অদু উশানা-শানা মাংহল্লি। লাঞ্জাও অমদি লৈবাক লৌশিনবদা মাই পাকপনা মশাগী লৈজবা পোলিসি অদু মথাতানা চত্থবকপা লোয়নননা চুমই হায়না খঞ্জবা মাইকৈদা চংশিল্লকই; লান ঙমইবদুনা নিংথৌপানবা লৈবাক ওইবগনা লোইলম ওইনা খুদুম চন্নিংবা অমসুং জাত্তি অদুগী মপু ওইনিংবা অপাম্বা রাখল পোকহল্লি। মাইথিবনা মাইথিরবা লৈবাক অদুবু উশানা শানা মাংহল্লি লোয়নননা লমন থুমনিংবগী রাখল পোকহন্দুনা রাখল অদুনা খুৎ থোক্লহল্লি। থোবকইবা মহৈ অনি অসিনা নুংশিনহন্দবা অমদি খুৎ থোক্লবা পাম্বা লমচৎ শাজৎ শেম্লকই। মথংদা, হায়নবা য়াদবা, শাগী লমচৎ চৎপনা, অতোপ্পগী রাখল উৎথোক্কনি। অসুম তৌবনা তুংদা কবি থোক্লকদবগে হায়বগী অবেপ্পা লৈতে; লাঞ্জাও অমসুং খৎনবা থোবকই লোযননা মদুগী মানবা য়াদবা ফলসু লাকই।

ভাবত অমসুং ইংলণ্ড অনিগী মবক্তা, হৌখ্রবা চহি ২০০ বোম চুপ্পা নমদুনা লৈনহনবা মবীনা, কর্ম্ম অসিবু থোকহনবনি; অসিগুম্বা দশা অসি তাহনবনি; জাত্তি অনিগী ওইনা অদুগা জাত্তি অনিগী মবক্তা অমা অমগা লৈনবিবা মবী অসিসু অসুম্না ঙাক শেন্না নমদুনা (হৌজিকসু) চত্থবি। বৃটিশকী লাংদা থুকুবনা, হৌখ্রবা চহি কথাসিদা স্বত ওইনা নংলক্লবা দশা কোক্লনবা, লোয়নননা তোঙানবা মওংদা ইনৌ নৌনা অমুক হৌনবা, ঐখোয়না হোৎনবা পুম্বা অরেম্বা তাবমই। হৌখিবা চহি মঙাগী লাঞ্জাওনা হান্নগী ফত্তবা থবক (কর্ম্ম) বু থোইনা হেন্না ফৎচিনহন্দবনা নুংঙাইতবা পোকহল্লি; অমগা অমগা নুংশিনহনবা অমদি চৎনবী মতুংইন্না মবী লৈনহনবদা হেয়া রানা লুহল্লমই। অতৈদা তৌবগুম্না চহি ২০০ বোমগী বেকোর্ড অসি অফবা অমসুং ফওবা অনি তিনশিন্নবনি। সাহেবশিংগীনা অফবা ঙাক ওইবা অদুগা ভাবতমচাশিংগীনা চং ফংবা কোক ঙাওবমকৈ ফত্তবা ঙাক্লা শকক ওইবনা শাংলবা মতম অসি চমমনহল্লি। অফবা শকক্তগী ফত্তবা খাযদোক লৌথোক্লগা লেমহৌবা শকক্লা জাত্তি অনিগী মবী শেম্বসি সেংলবনি; অদুবু মসিনা জাত্তি অনিগী মবক্তা নুংশিনহন্দবা তুক্কচনহনবা রাখল অমা নমদনা পোকহল্লি; অসিগুম্বা নুংশিনহন্দ্রবা রাখলগী ফত্তবা মহৈনা তত্তনা থোবকখি।

বাজনিতি অমদি অর্থনিতিগী লাম্লৌগী অওনবা অমা পুবকপা, ভাবত্তা দবকাব ওইবতা নত্তনা, অহোংবা অমা পুবক্তবা যাদ্রবনি। ১৯৩৯ গী মার্যকৈ বাইবকপদা, লাঞ্জাও হেক হৌবকপগা অদুগী তুংদা ১৯৪২ গী এপ্রিল থামক্তদা অমুক, ভাবতকা ইংলণ্ডগা যান্নদুনা অওনবা অমা পুবক্কদবগী মওং অমা মাল্লমই। ওইবক্কদবা অহোংবদু কীবনা মবম ওইদুনা, ওইবা য়াবা অমদি খুদোংচাবশিং অদু অবেম্বদা ঙম্না মাংখি। অদুম্নদি ওইবগা অহোংবদি লাকখিগনি। অদুবু যানবগী থাক অদু হৌখ্রবা " মীয়াম্না অরাবা ভাবনসু হৌখ্রবা অৱা অনংদি মমি শামখ্রে অদুগা তুংদা নুংঙাইবকখিগদ্রা হায়না আশা তৌদুনা হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা মতম লেংবি। হৌজিক, হৌখ্রবা মতমগী অৱা অনং অদু অমুক হঞ্জল্লকলে হান্নদগী হেন্না রাবা নংবা হেনগৎলকলে। রাখলগী ফীবমদা অওনবা লাক্লে লোযননা ফত্তবা অবাবা হেঞ্জল্লক্লে। কন্না ফুগায়নববা তুংদা কবি অমতা হাযনদ্রবসু, থুনা নত্রগা তপ্না অতাবী অমদি শোয়দনা লাক্লগনি। লাক্কদৌবিবা অতাবী অদু অচুম্বা, অশেংবা অমদি অমগা অমগা মতেং পাংনর্বাদ ওইববোই। মতম শাংনা ওইরকলবা থাজদবা অমদি মপুক ফত্তবা মদু উৎনা রাইনা কুপশিন্নবগীদমক মশানা ইয়া যানিংদনা মাইকৈ অনিমক গানবা তাবনি। ভাবতপু বৃটিশ সম্রাজগী শকক অমা ওইনা মমিংত ওইনা থম্নবা শেম শাববা রাফম অদু য়ানবা অমদি ওইবা যাবগী ওইথোকপা কবিমতা লৈবমদে। লম শীজিন্নহন্দুনা লাম্মী ওইহনবা খাজনা কাহনবা ফিউদেল সিষ্টেমগী মমি ভাবত্তা তাহনগে হায়না খন্নবা রাপম অদু মতম শাংথহনবা য়াখিদ্রে।

ভারত্তা লৈবা মীগী পুন্সি মমল য়াওদ্রে; অসিগুম্নবা পুন্সি অসি ওইরবদা মীওইবগী পুন্সি করিসু ওইদ্রে, মশক থীরে, ওইদবা-অরানবা ওইরে লোয়ননা লাইরবগী তুক্কচরবা রাখলনা উংলবা পুন্সি ওইহল্লে। ভারত শিনবা থুংনা হৈনিংদবা পাঙ্গল থোকপা য়াদবা লৈচিন্না কুপত্রে; মসিবু খুদক্তা থোকহনবা নত্রগা মথং মথং চথরকপগী মরম কয়ামরুম লৈরমই; মসিগী লেংবা য়াদ্রবা ফলদি লাইরবা অমসুং অৱাংপগী অৱাংপা ওাক্তা ওাইবননি। ঐখোয় পুম্বগী য়ুম্বান কৈবান অসি য়াম্না কীনিংঙাই ওইনা শোত্থরমই অমরোমদা মী শিবগী চাং য়াম্না হেনগৎলমই। লাইববা, মরাইবক থীবশিংনা ইনাক কৈরাক খুনবা মীনা য়েংবগুম, খুৎশা-হৈবা কল কারখানা য়াম্না লৈদুনা চাওখৎলাব অমদি ইনাক খুনবা লৈবাকশিংনা চাওখত্না লাইরবা লৈবাকশিংদা য়েংবা মিৎয়েং অমা, মহৌশানা লৈনৈ। রাস্ত-পাদবা মরন মথুম অমদি তৌকবা খুদিংদা খুদোং ইচাদ চাবা অসিনচংবিনা মবম ওইদুনা ইনাক খুনবা মীনা, থাক রাংনা য়ুম লিংই, মীনা নুংশিখিনি হায়না রাজৈ, (খুনাই মীওইগী তুক্কচনফম ওই) অমদি লাইরবা মীশিংগী লমচৎ শাজৎ ফজদে অমদি চৎনরোল তুংইনৈনে হায়দুনা লাইববা মীবু মবান শি। লাইববশিংগী নুংঙাইজনবা লাকপা খুদোংচাবদু (ইনাকখুনবা মীনা) মাংহন্দুনা হেন্না লায়রনবা শিল্পি অচুম্ববু অবানবা শিদুনা থোয়না হেন্না ফত্তনবা শিল্পি।

ভারবর্ষ অসি অদুক লাইরবা লৈবাক নত্তে। লৈবাক অমবু ইনাক খুলহনবা য়াবা পোৎলম পুকৈ শুনা ভাবত্তা ফংই অদুবু ভারত্তা লৈবা মীশিংদি য়াম্না লাইরে। পুথাং-পাথাং মথং মথং চথরকপা লেমজনফম ওইনা নিংথিজরবা ভাবত মশাগী কলচরগী শক্তম লৈজে; মাগী লৈজরিবা কলচরগী মপাঙ্গল শক্তি য়াম্না কল্লি; অদুম্মদি ওইরগা নৌনা হাপচিল্লকপগী শরুক লোয়ননা কলচরগী অনৌবা মশা-মরেংগী শরুক্তি ইৱাৎ ৱাৎলি। ৱাৎলিবা অসিগী মবম কয়া'মা লৈ; মরু ওইনা ৱাখল খম্বা ৱাৎপনী। মসি তৌই হায়দুনসু, ভাবত্তা লৈবা মীশিংগী, মকওইবা মপাঙ্গলনা অসিগুম্বা খুদোংথীবা অসিবু লায়না লাকশিন্দুনা অৱাংপা শরুক অদু মেনশিনবা ওমই। মদুমক ভারত্তা ওসি থোকলি। জ্ঞান তানবা, হৈশিংবা অমদি থুনা চাওখৎপগী থাক্তা পুরকপা, ওম্নবা শক্তি — পুম্নমক অসিগী হৌফম ভারত্তা লৈ হায়বা অচুম্বা রাফম অসিদগী হেন্না শেংবা করিমত্তা লৈতে। যুগ কয়াগী ওইনা খোমজিন তাশিল্লবা কলচব অমদি লাইনিং-লাইশোন ধর্ম্ম ভাবতকী ওইনা লৈজে। বিজ্ঞানগী অইবা, নৈনবা শরুক লোয়ননা বিজ্ঞানবু থবক ওইনা পুথোকপা, থবক্কী লমদা শীজিন্নবা অসিনচিংবদা ভারতনা চাওখৎপগী মাইকৈদা খুমাং চাওশিনবা ওমই; লোয়ননা ইণ্ডাষ্ট্রিগী অচৌবা জাক্তি অমা ওইববনি। বিজ্ঞানগী থবক পায়খৎপদা হৌগৎলকলিবা নহারোল-নিপা নিপীশিংনা খুদোংচাবা কয়া ফংবা ওমদ্রবসু লোয়ননা অথিংবা কয়া ভারতনা মাইয়োক্লবসু বিজ্ঞানগী লমদা ভারতকী লৈবিবা বেকোর্ড হান্নরা সিংথানিংঙাই ওই। লৈবাক অসিগী পাক চাওবা অমদি ওইথোকপা য়াবা কয়া অমগা হায়রিবা বেকোর্ড অসিগা মবী লৈনবা নত্তে অদুম্মদি ওইবগা খুদোংচাবা ফংলক্লবা অমদি জাক্তি অসিগী ফাজিন্দুনা থমইবা মপাঙ্গল, মনিংতম্না শীজিন্নবা য়ানা থাদোরক্লবদা কবি থোকলগদবা হায়র্বাস খম্ননিংঙাই ওই।

মরম অনিখক মতাংসিদা থোকলক্পা য়াই ঃ— অমনা পৃথিবীদা লৈবিবা জাত্তিশিংগী ওইবা চাওখৎপা লোয়ননা (মদুনা) মপানগী ওইবা চাওখৎপদুনা ভারত্তা ওকশিল্লকপা; অতোম্না অমনা লৈবাক অসিগী খুন্নায়গী ওইবা চপ মান্নবা অমতা ওইবা ৱাখল অমদি অপাম্বা ৱাৎপা অসিনি। অরোইবা ওইনা খন্নবা য়াবদি অসিনি। শরুক অনি নত্রগা মদুদগী হেনবা মচেৎ কয়ামরুম থোক্লা ভারত অসি থুগায়রবা লোয়ননা রাজনিতি অর্থনিতিগী অমতা ওইবা ফীরেব পুরকপা ওমদ্রবা অদু ওইরবদি ভারতকী চাওখৎ খোংথাংদা থীনা অপনবা লাক্কনি। হাকথেংননা শোম্বহনবা (ফিবম) মতাং লাকপা য়াই; মসিদগী হেন্না ফত্তবদি (মচেৎ তারবা) ভারতপু অমুক হন্না অমতা ওইনা পুনশিনহন্নিংবা কাংবুগী ৱাখলগা মসিদা মরাইবক ওইনা য়েৎপা কাংবুগী ৱাখলগা অনি লাম্ভেংনবক্কদাব অসিনি। অহাংবা অমদি চাওখৎপবু য়ানিংদবা মায়োক্লবা অনৌ-অনৌবা মরম্নাই ওইবা, ওইজবা পাম্বা থোরক্কনি; মতুংদা অনৌবা ফত্তবা কর্ম্মনা ঐখোয়বু তকশিল্লক্কনি। লান্না থাংবা খোংথাংনা মথং মথং লাননা চংশিল্লক্কনি, মসুম্না হান্নদগী চংশিল্লকলি, মতুংদসু চংশিল্লক্কদৌরি। খুদোংথীবা অৱাবা ঘটনানা ঐখোয়গী ইথক্তা তাদ্রিবমখৈ কবিগুম্বদা, চংশিল্লকইবা অরানবা খোংজং অসি তোক্কদবা লৈত্তে মসিমক রাজনিতিগী

চাওরবা ওন্ন-ঊৈনবা অমনি; লাকপা য়াই হায়না খন্নবিবা খুদোংথীরবা অরাবা ঘটনা অদুদগী হৌজিকমক অরানবা থবক তৌরিবা অরানবা খোংজং চংশিল্লিবা অসিনা মতুংদা হেন্না ফরকপা য়াই হায়বা অসিমকসু শোয়দ্রে হায়না কন্নানা হায়বা ঙমগনি। মচোয় মচোয়নবদগী অমতা ওইনা পুনশিনবা হায়বা অসিনা, মতম পুম্নদা, হেন্না করিবন অদুগা নম হাদুনা অমতা ওইনা পুনশিনহনবা হায়বসিদি ইকাইনিংঙাইনি লোয়ননা অমুক্ত, মচেং মচেং তানা ক্ষুগায়রকনিংঙাই ওইরবা খুদোংথিনিংঙাই ওইরবা থৌদোকনি। অমতা ওইনা পুনশিনবা হায়বসি ৱাখল অমসুং থম্মোই অমতা ওইনা পুনবনি; অসুন্না পুনবনা মসিগী মায়োক্নবকপা পুম্না মায়োক য়াদুনা থেংনবগী অমতা ওইনা পুনসিনবা পাম্না ৱাখল পোকহল্লি। ভারত্তসু অসিগুম্বা য়ুম্ফমদা অমতা ওইনা পুনশিননিংবা লৈ হায়বসি ঐগী থাজজবনি; অদুবু মসি মপানগী ওইবা শক্তি খরনা মমি শামহনম্রে, মাংহনম্রে (লোংশিনম্রে)। হায়বিবা মপানগী ওইবা শক্তি অসি মতম খরদগীনি, লম্মখাংদা ওইবনি, মসি মশানা অদুম লোয়শিনজখিগনি; মখোয়নদি ঙসি মখোয়মক ঙায়রে খঞ্জরি; মখোয়বু কন্নামতনা থৌশাবীদে।

তশেংনমক, মসি ঐখোয়গী দোষনি; ঐখোয়না তৌজরুবনা (ঙমজরুদবনা) ঐখোয়না ৱাজবনি। ভারতপু ওং-নৈনবগীদমক বৃটিশ সবকারনা শিনবা খুজিন অসি খল্লুবগা মখোয়বু ঐহাক্না ঙাকপীবা নত্রগা মরান কোকপীবা ঙমদে। অতে পুম্নমক্তি মতমগী মতুংইন্না কাওখিবা য়াই অদুগা মসিমদি, প্লেগনা নাখিবত্তম মতম শাংনা কাওবা য়াদনা লৈহৌরগনি। ভারতকী মতাং ঐহাক্না হেক খল্লুবদা আবলগু অমদি চীনাগী মতাং ঐহাক্না তত্তনা নিংশিংই। লৈবাক অনিগীগা ভারতকীগদি খেংনৈ অদুগা হৌখিবা অমদি হৌজিক ওইবিবা থৌদোক্তসু লৈবাক অনিগী ওইনদি খেননৈ; অদুন্নদি ওইরগা মান্ন-মায়বা কয়া য়াওরি। মসিগুম্নবা লম্বী অসি মতুং তানা ঐখোয়না চংখিগদ্রা ?

জেলদা লৈকবনা (ফাদোক তাদুনা) মীওইবগী লমচং শাজত্তা পুরকপা অহোংবগী মরমদা জিম ফেলাম্না ফাদোক তাকববগী মতুংদা ঐখোয়দা হায়বমই; মহাক্না হায়বম্বদু কদায় য়ৌনা চুম্বগে হায়বদু মতম শাংনা জেলদা লৈকরবা (মীতনা) মী খুদিংনা হংই ঃ "য়েংবদা চাওথোক্না উহনবা ঘ্লাসকুম্না মীওইবগী লমচং শাজংপু জেলনা চাওথোক্না উহল্লি। (লমচং-শাজংকী) ওস্থোক্না পীরুবা শকক খুদিংমক থি-হমদুনা পুথোকই, মদুতবু কন্না খিদুনা তাকই, খংলমদবা মীপুম খুদিংদা খংহল্লি; ফাদোক অনা শেং-চাবা ফীবোন শীজিন্নবগী (পুক্লিংদা) নুংঙাইতবা অশোনবা পুক্লিংদা ফাওবা নত্তনা ফাদোক তাবকপগী মবম ওইবা লমচং-সাজংকী অশোয়বা, ওস্থোক্না কুপত্রবা মরম পুম্না তেংনা পুথোক্লিবা ফাওবা, হায়রিবা পুম্বসি চথবমই।" মীবেবাক মচাগী শাসন মখাদা (ফাদোক তারুরবা) জেলদা লৈকরবা মীওইগী লমচং-শাজত্তা ফত্তবা মখৈ চিংথোকবকইবা পুম্না জাত্তি অদুগী মথক্তা মমি তাহল্লি। মসিতনসু জেলদা লৈকবগী মহৈ ইবা নত্তে, মরমদি জেল-তাকবনা, মদুদা অখাং কনবগা লোয়ননা খাংলকপনা পুকচেল চাওবগী গুণ পোকহল্লি, হেলগংহল্লি, লোয়ননা লেপ্তুনা পাঙ্গল হাপকংলকই। তৌইগুম্বসুং মীবেবাক্তগী লাকপা অঙম্বশিংনা অহানবদা হায়খিবদুতবু শৌগৎনিংই অকোনবদা হায়খিবদুবু য়েথৎনিংই। জেল তাববা মীগী মথক্তা সিঃ আইঃ ডিঃ শাদুনা য়েংবনা অখোইবা মগুণ কালিফিকেসন ওইরবা ৱার্ডন কয়া জেল মনুংদা লৈবগুম্না মীখা পোল্লবা লৈবাক্তা মীবেবাক্তগী লাকপা অঙম-অখৌনা পীবা পোংশাক শেংপা মখোয়বু শেবা তৌবনা পুন্সিগী মথৌ ওইবা মখোয়গী মখাদা হিংবা চীরোন তৌদুনা নপচ তাংজবা মীওই কয়া'মা লৈতবা নত্তে। হায়বিবা অসুন্না লৈনিংদবা, স্তানদি তাবা, অদুন্নদি ওইরগা শাসন পায়রিবা মীবেবাক মচাগী পোলিসি অমদি থৌশিনগী মখা পোন্না লৈবা মীওই কয়া অমসু লৈ।

ভাবতপু শকক থোক্না খাযদোকপগী নিয়ম লৌবনা অমদি নম-হাদুনা অমতা ওইনা পুনশিনহন্দবগী নিয়ম চৎপনা, মদুদগী থোবকপা, ওইবা য়াবা ফল অদু ইংনা, মিচংং মীখায় নায়দনা, খন্নবাবোমদা চংশিনবা য়াই; অসুম তৌরবতদা অমতা ওইবা পুনশিনবা অসি পুম্নমক্কী যাইফনবনি হায়বসি খংনরক্কনি। অমুক্তং অরানবা লম্বীদা খোংদাকরবদা মতুংদসু মদুগী খুদুং ইন্দুনা লান্না চথবকলোয় হায়নিংঙাই লৈতে; মসি, তশেংনমক খুদোংথীনিঙাইনি। অবানবা লম্বীদা প্রোব্লেম অমা পাংথোক্লবা লাক্রুবনা অনৌবা প্রোব্লেম কয়া'মা থোকতনলকপা য়াই। ভাবতপু শকক অনি নত্রগা মদুদগী হেন্না মশীং য়ান্না থুগাইববদি ভাবত্তা লৈবিবা অচৌবা (নিংথৌ পানবা) ষ্টেটশিং ভারত্তা পুনশিনহন্নবা হোংনবদা য়ান্না লুনা

থোক্কনি; মরমদি মখোয়না ফংলরোইদবা অনৌবা মবম খবা হায়বিবা ষ্টেটশিংনা ফংখিগনি; মদুনা মখোয়না তোঙান্না তোপ তোপ্না লৈবদা অমদি মখোয়না কুসি তৌনা মখোয়গী লৈবাক্তা পাঙ্গবদা লায়না থোকহনগনি।*

বামশ্বামী অয়াবনা য়াম্না কন্না হায়বিবা অসিগী মবম অমনা, মহাক্না হায়িববা ব্রাফম অসি ভাবত্তা লৈবিবা ষ্টেট ৬০১ অসি চপ মান্নবা ফীবমদা থম্না ওইথোক্তে হায়বা নত্তে। মহাক্না খনবদি ভাবতকীদমক ইবিবা সংবিধান্দা হৌজিক লৈবিবা ষ্টেট ৬০১ অসি মশীং ককথদুনা তবামঙা নত্রগা কুনলোমদমক লৈহনবা তাবনি, অতৈ ষ্টেটশিং অদু হেন্না চাওবা ইউনিটশিং, প্রোভিন্স নত্রগা ষ্টেটতা তিন্নশিনবা তাবনি।

মনুংগী ওইবা রাজনিতিগী খুমাং চাওশিনবদা থোয়না হেন্না কান্নবা বামশ্বামী আইয়াবনা উৎলমদ্রে নত্রগা ইকান কান্নবনি হায়নসু খল্লমদে। য়াম্নমক খুমাং চাওশিনখিবমক নত্রবদি মসি ইঁবৈ মরৈতবনা প্রজা অমদি ষ্টেট অদুগী অঙম্বশিংগা লেপ্না লৈতনা খৎনবা মুক্রবা থোকহল্লি।

ভাবত্তা লৈবা নিংথৌপানবা লৈবাকশিংনা মশা মশাগী নিংতম্বৰু মশা মশানা ঙাকচনিংবনা, অকনবা ফেডবেল ভাবত অমা লৈহন্দুনা মখোয় (নিংথৌপানাবা ষ্টেটশিং) খুদিংমক মদুগী মেম্বব ওইদুনা চপমান্নবা স্বত্ত্ব অমদি চাকথুং ফংনিংলমগনি, মসি হায়বা য়াবা ব্রাফমনি। ষ্টেটশিংগী মকোক থোংবা মন্ত্রিশিং ষ্টেটমেন্টশিংনা ভাবতপু তোঙান তোঙান খাযদোকপবু য়াম্না কন্না মাযোক য়ানা য়ানিংদবা উৎলমই, মসিমসু মখোয়না য়াম্না শেংনা হায়বমই, শকক মচেৎ কয়ামকম থোক্না খায়দোকলবদি খায়দোকইবা ভাবতকী শকক অমা নত্রগা অমদা নর্পাশিন্দুনা পুন্সিন্দুনা লৈববুদি মতোম মতোমতা মনিংতম্নবা লৈবনা হেন্না পান্নবমই। ত্রিবানকুবগী ডেব্বান ওইবম্না, স্বাইদগী হেন্না স্তান লৈববা অমদি তৌবা ঙম্না মগুণ লৈববা মন্ত্রিশিং মবক্তা অমা ওইবা (মী অমতগী শাসন মখাদা লৈবাক ব্রায়েনবদা থোয়দোক হেন্দোক্না মমিং চৎলবা, মহাক্না য়ানিংদবা কাংবুবু পাতাল যৌনা নমথবা ঙম্বা) স্যাব সিঃ পীঃ বামশ্বামী আইয়াবনা ষ্টেটশিংনা মবৈবাকপু মনিংতম্না ঙাকচববু কন্না শৌগৎলমই। অদুম্নদি ওইবগা, পাকিস্থান খায়দোকপা নত্রগা অতোপ্না মচেৎ (শকক) খায়দোক্রবগী হায়নবকপা পুম্বদা ইচংথৌনা মথৌনা উৎনা যানিংদবা উৎবা মায়োক য়াবমই। ১৯৪৪, ওক্টোবব তাং ৬ তা তৌখিবা (Indian Council of World Affairs) ইণ্ডিযান কাউন্সিল ওফ ব্রার্ল্ড এফিযার্বসকী বম্নে ব্রঙ্ককী মীফমদা ঙাংবদা মহাক্না হায়খি, "সেন্টবগী লেজিসলেটিভ (আইন শেন্না সভা) অমসুং এক্সিক্যুটিভ (থবক তৌবা লোয়শং) শেমগৎ শাগৎলকপদা, ভারত্তা লৈবিবা বাজনিতি কাংবু অমসুং লৈঙাক ব্রাযেন লোইশংগী কাংবু অনিমক্না, লনাইগী ওইবা ষ্টেটকী মপুং ফাবা নিংতম্না ফংনবগীদমক অমগা অমগা তেংবাংনবা তাবনা ষ্টেটশিংনা স্কীম অমগী মখাদা পুন্না চংশিন্নগনি ঐগী মত মতুংইন্নদি শোযদনা চংশিমীন্নবা তাবনি। হাযবিবা সেন্টবগী থৌশিল অসি ভাবত মনুংদা নত্রগা ব্রাংমদা জাত্তিগী ওইনা মবী লৈননা নত্রগা জাত্তিগী মীহুৎ ওইনা মাইপাক্না থবক পাযখৎপা তার্বনি। ভাবতকী মনুংদা, ইউনিটশিংগী মবক্তা লৈনবিবা মবী অসি অমতা ওইনা চপ মান্নহনবা তাবনি, সেন্টবগী ওইনা লৈহৌবিবা নত্রগা লেমহৌবিবা অদু মবা চেৎনা শাগৎপা নত্রগা থবক ওইনা পাংথোকপা তাববসু লৈন্নিবা ইউনিটশিংগী মবক্তা অথোয় অহেন নাইবা নত্রগা খ্বাইদগী চাওবা শক্তি পাযবা লৈহল্লোয়দবনি।" মহাক্না অসুম্নসু হাযবম্মী, "ঐহাক্না হায়বদি অসিনি, মনিং তম্না চপ মান্ননা খন্ন নৈনবা অমদি অপুনবগী ওইনা যান্নবা পুবকপা য়াবা ফল তাহনবা য়াবা নিতি নিয়মগীদমক অমদি ভাবতপু ব্রায়েন অমতগী মখাদা লৈহন্নবগীদমক ওইহনবা যাবা বাজনিতিগী ওইবা থৌশিল, মশা মশানা, য়ানিংনা য়াওদবা নত্রগা ভাবত্তা লৈবা ষ্টেটশিংদা লোয়ননা বৃটিশ-ইণ্ডিয়াদা চৎনবা সেন্তবনা পায়কৎলকপা থবক নত্রগা সেন্তবগী থৌশিলগী মখাদা চথবকপা স্কীম অমতগী মখাদা লাক্রবা অদুগুম্না ভাবতকী ষ্টেট অমতা লৈহল্লোইদবনি, মসি ট্রিটি বাইটস ওইবা য়াই ওইদবা য়াই।" খেননবা মত কয়া অমা ঐহাক্না থোকহনবা য়াই হায়বা ঐহাক্না খংলবসু কন্না অমুক্না হেন্না খর্নশিন্না ঐহাক্না হায়নিংই মদুদি বৃটিশ ইণ্ডিয়াগী মমাংদা নত্রগদি, মতুংদদি, হায়বিবা অসি প্রজাগী নুংঙাই য়াইফবগী মতাংদা নত্রবদি (প্রজাগী নুংঙাই য়াইফবা পুবক্রবমক নত্রবদি) ভাবতকী ষ্টেট অমতা লৈবগী মথৌ তাদে।"

হিন্দু ধর্ম্ম অমদি ইসলাম ধর্ম্ম, ধর্ম্ম অনি অসি লৈবাক অসি শিনবা থুংনা শন্দোকপ্লবনা, মুসলীম লীগনা ওসি খল্লিবা অসুম্না, ধর্ম্মগী মতাংদা ভারতকী কবিগুম্বা মফম অমদা, ভারতকী মক ওইবা ধর্ম্ম অনি অসিবু চৎলিবা, হিন্দু অমদি মুসলীম অনি অসি অমগা অমগা তোঙান তোঙান তাহনবা শুকয়া য়াবোই। কাংলুপ অনিসিগী অমমম্না মীশিং হেন্না লৈবা লম অদু অমগা অমগা খায়দোকনবসু খাযদোকইবা লম খুদিংদা অতোপ্পা কাংলুপকী মীশীং য়াদবা কাংলুপসু অদুম মবৈগনি। মবমসিনা মীশিং য়ামদবা কাংবুগী রাফম খন্নবগী মহুত্তা অমগী মহুত্তা কয়া অমা ঐখোযনা থোকহল্লি। শিখ কুম্বা, অতৈ ধর্ম্ম চৎপা কাংবুশিংবু যাম্না নুংঙাইতনা, মখোযনা নিংজবগী মায়োক্তা তোঙান তোঙান তাহল্লি অসুম্না তিন্নদবা ষ্টেট অনিদা মখোযবু তোঙান তোঙান্না থমই। তোঙান তোনবা কাংলুপ অমদা নিংতম্না পীবদা, মীশিং যামজদ্রবসু অতোপ্পা কাংলুপ অমদদি নিংতম্নবদু পীবীদে মবমদুনা কন্না মবা চেৎনা মখোয়না নিংজবিবা অসিগী মায়োক্তা, ভাবত্তা লৈহৌবিবশিং অসিগা তিন্নহন্নিংদবা রাখল অমা পোকহল্লি। মফম খুদিংদা হেন্না মীশিং য়াম্বা কাংবুনা (ধর্ম্মদা) শোয়দনা মাইপাক্কনি হাযনা হায়ববসু তোঙান্না খায়দোক খায়জিন তৌবগী রাফম লাকলবদা, ভাবত অপুম্বগী ওইবা রাফম (রাজ্য) অসি মীশিং হেন্না য়াম্বা কাংবুগী অনিংবা অপাম্বনা কবিগীদমক মেন তাহনবা ঙমদ্রিবনো হাযবগী তোপ তোপ্পা মবম লৈতে। নত্রগা অপীকপা লমদম অমনা মশাগীদমক নিংতম্বগী থাক অদু খন্নবোইদবনি, মদু তৌবনা মশিং লাকঙমদ্রবা অপীকপা ষ্টেট কয়া অমা থোকহনগনি — থাজবা যাদ্রবা ঙাহাক্কী ওইবা রাখল ওইগনি। মসি ফাওবনা লোজিক্কা কাবমতা তৌবা য়াবোই মবমদি তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপা কাংবুশিংনা লৈবাকসি শিনবা থুংনা অমগা অমগা যোৎশিন্নদুনা পীকথন্না লৈগ্লবনি।

কবম্বা জাতিনো খন্নবকপদা তোঙান তোঙান তানবগী রাফম অসি খন্নবদা ওষ্কোক্পা লুনা থোকনি। অদুনা ধর্ম্মগী থোংদা চাংয়েং তৌববদি মসিগী লাইখায় তাহনবদা লোজিক্কী যুক্ষমদা খন্নববা ফাওবদা ওইথোক্তে। মসি মধ্য যুগকী ওইবা রাফমদা হঞ্জিনবা তাগনি অদুগা হৌজিক মতমগী ওইবা পৃথিবীগী চৎনবোন্দদি পুশিনবা যাববোই।

শেষ্ঠুমগী মতাংদা পাযদোকপগী খন্নববসু, ভাবত অসি অমতা ওইনা লৌববসু শেষ্ঠুমগী ফীবমদা জিংনা লৈবা যাম্বা যামদবা মশানা মতিক চানা রাত্তবা ইউনিট অমা ওইনা লৈ। শকক কয়া থোক্না খাযদোক্লবদি অসুম্না খায়দোকপনা শকক অমনা ভাবতপু শোষ্টহনগনি, শকক অমনা অতোপ্পা শকক অমদা শাযদাংগনি। মী মশীং যাম্না হেনবা হিন্দু অমদি মুসলমানগী লম শকক অনি থোক্না খাযদোক্লবদি অহানবা লমদা (হিন্দুগী ওইবা লমদা) যাম্না কা হেন্না খনি অমদি খুৎ শা হৈবগী কল কাবখানা লৈগনি। হাযবিবা রাফম অসিনদি হিন্দুগী ওইবা লমদি পংরা বানা থোকলোই অদুগা অমবোমদা মুশলমানগী ওইবা লমদি শেষ্ঠুমদা যাম্না শোখবা, ইতত্তনা অরাৎপদা ওইবা, মপান লৈবাক্কী মতেং য়াওদনা হিংদুং। লৈবা ঙমদবা লম ওইগনি। মবমসিনা হৌজিক তোখায তানিংলিবা কাংবু অসি খাইদগী হেন্না অরাবা নংবগী ওন তৈনবা মঙ অমা থোবক্কনি। মীচং মীখায নাযদনা চুম্না খন্নববদা মখোয়গী মীচং ওইনা লেপ্পুনা হায়ববদা, শেষ্ঠুম চপ মান্না থোকপা, লৈবা য়ানবা যেংদুনা লম খাযদোকপা তার্বান। কবম্বা ফীবমদা মসি ওইবা যাবগে হাযবসি ঐহাক খংদে, অদুগা মাসমক ঐহাক চিংনৈ। থোকপা অমা তৌদুনসু খায়দোকইবা লমগী তেন্না চাওবালম, মীশিং যাম্বা হিন্দু অমদি পঞ্জাবীগী লম লমদুনা ওইহন্নবা হোৎনরকপা হাযবসি মশানা তার্বান মশানা অচুম অবান রায়েনবগী নিযম মখাদদি মসুম তৌবসি ওষ্প্কা (ঙকপা অমা ওইগনি) ঙকনা থোক্কনি। নিপা অমনা মাগী মপাগা মমাগা হাওোক্লগা মতুংদা মহাক মপা মমা লৈঙদবা মচানি হাযনা রাযেনশংগী থৌজান মখাদা মশানা চংচজবগী শবীদ ঐহাক্না নিংশিংলকই।

য়াম্না ঙকত্রবা অতোপ্পা বাফম অমসু অমক থোবক্কে। মশানা অচুম অবান লেপচবগী নিযম যেংবা মতমদা, মীয়াম্না মত পীদুনা মীযামগী অপান্নবা মসিবু খন্নবগী রাফমসু চৎনদ্রে, নত্রগা হায়গে হাযানা হায়ববদা মসিসু হাথিব মদুদি মীয়ামগী মত মতুংইন্না মীযামগী অপাম্বা লেপ্পসি লমগী মতাংদদি মুসলমানশিংদদি চৎনদে হায়। বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবত্তদি মুসলমানগী মীশিং অসি চাদা ৫৪ বোম ওইগনি নত্রগা খবা হম্বগনি। কবিগুম্বা ভোৎ পীনববদি চাদা ৫৪ তনা ভোৎ পীগনি, লৈহৌবিবা চাদা ৪৬ নত্রগা মদুদগী হেনবা মীগী মবাইবাক লেপকনি, লৈহৌবিবা চাদা ৪৬ অসিনা, মতা অসিদা কবিমতা হায়বা যাবোই হায়বি। মসিনা উৎপাদি চাদা ৭২ গী ওইগদবা মবাইবক অদু চাদা ২৮ তনা লেপ্পা অসান।

অচুম্বা পাম্বা করম্বা মীনা বাকম অসি থৌনা ফনা করম্না লৌবা ওমগনি নত্রগা মদুবু য়াগদবনি হায়না করম্না মখোয়বু (আশা তৌগনি) থাজগনি; মসিমক থংবদা লুনা থোকই। বাকম অসিগী মতাংদা চপ চানা ভোৎ লৌনম্রিবা ফাওবদি কনামতনা থংবা ওমলোই, অদুগা ঐহাকসু থংদে; তোঙান তানবগীদমক হায়রিবা লমসিদা লৈবা মুসলমান কম্না য়াম্বনা ভোৎ পীগদৌরিবা। মখোয় অয়াম্বনা হায়বদি মীশিং অয়াম্বনা মসিগী মায়োক্তা ভোৎ পীরগনি হায়বা ঐনা নিংই। মুসলমান কাংলুপ কয়ানা (পার্টি কয়ানা) মসিবু য়ানিংদে। হিনদু ওইরো নত্রগা সিখ ওইরো নত্রগা খৃষ্টান ওইরো নত্রগা পার্সি ওইরো, মুসলমান নত্তবা খুদিংনসু মসিবু য়াদে। মরুওইনা ভারত্তগী তোখায় তানিংবা অপাম্বসি, মীশিং য়ামদবা মুসলমান তাবা লম অমদি থৌদোক খুদিংদা ভারত্তগী তত্তনা তোখায় তানিংবা লমতদা – থোরকই। মুসলমান্না মীশিং হেন্না লৈবা প্রোভিন্সতা লৈবা মুসলমানশিংদি বাকম অসিনা থোয়না খুদুম চন্দে; মরমদি,মহৌশাগী ওইবা, মখোয়দদি মতোমতা হিংজবা ওমই লোয়ননা কনাবুসু মখোয়না কীনিংঙাই ওইদে। মসিগী প্রমানদি নোর্ট ওয়েষ্ট ফ্রান্টিয়ার প্রোভিন্সিনি (মফমসিদা লৈবা মীশিংগী চাদা ৯৫ না মুসলমান্নি); মফমসিদা লৈরিবা পঠানশিংদি মথৌনা ফৈ, মশাবু মশানা থাজজে অমদি কনাবুসু কীদবগী মগুণ চেল্লি। অদুনা ওক্লিংঙাই ওইবদি, ভারত্তগী তোখাই তানিংবা মুসলীম লীগকী বাকৎ অদু তোখায় তাহন্নিংইবা মুসলমানগী লমদা লৈবা কাংবুনা করিমতা য়ানিংলমদে অদুগা তোখায়না তাবদা য়াওরোইদবা মুসলমান খরতা লৈবা লমগী মীনদি মদুবু শৌগৎলি। অদুন্নদি ওইরগা, তুংদা করি থোক্লগদগে হায়বা করিমতা খন্দদা, তোখায় তানিংবগী অপাম্বা বাখল অদু মুসলমান অয়াম্বগীসু অপাম্বা ওইরমই হায়বসিদি চুন্নবনি। তশেংবমক, বাকম অসি, অসুক্কী মতিক ময়েক শেংদনা হায়রম্মী; হন্না হন্না হায়জরবা ফাওবদা মদুবু শেংদোক্লবা (ময়েক শেংনা হায়নবা) করিমতা হোৎনরমদে।

বাকম অসি খাংউথক্কী ওইনা শেম্বনি হায়না ঐনা নিংই; মুসলমানশিংগী বাখলদা মসি মক্ক হন্দে। মতম খরত্তগী মনুংদা শেম্না ওইদুনসু অসুক্কী মতিক কনখৎপ্রে মসিদা থৌদোক কয়াদা অকনবা থৌদাং লৌবক্লে লোয়ননা অনৌবা থৌওং অমা ওইশিল্লক্লে। মহৌশাগী ওইনদি, মতম মতমগী ওইনা হায়নবা ইন্নাদ য়ানরম্বনি, অদুবু মীবৈবাক মচাগী মখুত্তা লৈবাক্কী শাসন-শক্তি লৈবনা ভারতকী ওসি ওইরিবা ফীবমসিদা পুন্নমক ইওইদ ওইহনবা য়াপ্রে। শেমগৎলকপদা (চংইবা) থৌদাং য়ারিবা খুদিংমক্কী অফবা বাখল অমদি পুন্নমক্কী ওইনা কান্নগদবা অপাম্বা নিংবা থুংনবা অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা পার্টি পুন্নমক্কী অপাম্বদা য়ুম্ফম ওইবনা অশেংবা মেন অমা তাকম থোকই হায়বসি চুন্নবনি, শেংলবনি। হায়রিবা অসি ফংনবগীদমক্তদি মরম চাবগীদমক মশা মশাগী ওইজবা থাদোক্লবা হায়বসি তঙাইফদ্রবনি। কাংলুপ খুদিংমক বাখলদা অমদি থবক্তা নিংতম্না অমদি চাওখৎপদা চপ মান্নিনা খুদোংচাবা ফংমিন্নবতা নত্তনা নিংতম্বা অমদি চপ মান্নবগী বাখলসু লৈগদবনি (খনগদবনি)। মশা মশাগী তোঙানবা অপাম্বা অমদি মবম চাদবা বাখল খন্নদ্রবদি, ময়ামগী ওইবা অকনবা অপুনবা সেন্টর অমা থম্লগা প্রোভিন্সশিং ষ্টেটশিংগী খাইদগী কনবা নিংতম্বা শেমগৎ শাগৎপদা লুবা করিসু থোকলোই। সোভিয়েৎ রশিয়াদা তৌবগুম্না হেন্না চাওবা প্রোভিন্স নত্রগা ষ্টেটশিংদা ওটোনোমস ইউনিট থম্বা ফাওবা য়াবনি। মসিগীসু মথক্তা মীশিং য়ামজদবা কাংবুগী রাইট পুম্বা ওক্লবা কন্দুনা থম্নবা খন্নবা, য়াবমখৈ খন্নদুনা সংবিধান্দা হাপচিনবা য়াবনি।

মসি পুন্নমক তৌবা ইওম ওমগদবনি, অদুবু বৃটিশ পোলিসিনা পুন্নমক্কী অথোইবা ওইপ্রবসিদা, তোঙান তোঙানবা খুরৌ থাংবা মচাক অমদি শক্তি কয়াগী মপাঙ্গল মখাদা, তুংদা করি মওং তারক্কদগে হায়বা ঐহাক খংদ্রে। মপুক্লিং লেপ্তুবা খবনা খায়দোক্কদৌরিবা শরুক্তা তোংশিন্দুনা ভারতকী মচেৎ খবা খায়দোক্লবসু য়াই। মসি কবিগুম্বদা থোকলবসু, অমতা ওইনা লৈনিংবা মরাওইবা বাখল অমদি পৃথিবীগী ওইবা চাওখৎনিংবা বাখলনা মচেৎ তারবা শরুকশিংবু অমগা অমগা চান্ন-চিন্নহন্দুনা অশেংবা অমতাওইনা পুনশিনবা অসি থোক্লবা য়াই।

জিওগ্রাফী, ইতিহাস, কলচর অমদি অতৈ পুম্বা য়েংবদা অমত্তা ওইবা হায়বসি ওইফম থোক্লবনি; অদুগা অসি পুরকপদা খাইদগী মপাঙ্গল কনবা মচাক ওইরিবদি পৃথিবীগী ওইবা লেপ্তুনা থোকইবা থৌদোকশিং অসিনি। ভারত অসি

মকওইনা জাত্তি অমনি হায়না ঐখোয় পুম্নমক্কা য়ানবি; মিষ্টব জিনাদি জাত্তি অনিনি হায়বগী ৱাফমদা (ঠিউবিদা) চংশিনখ্রে; মমৈথংদদি ধর্ম্ম তোঙান্না চৎলিবা কাংলুপ অসি অমা ওইববসু অমবু ওইববসু জাত্তি অমদগী খায়থবকপা অতোপ্পা জাত্তি অমনি হায়না লৌদুনা মদুনা রাজনিতিগী য়ুমফম ওইনা লৌদুনা জাত্তি অনি শুই হায়র্বাসিদাঅওইবা ওইনা লৌখ্রে। অদুগা ভারত অসি মপুং ওইনবা জাত্তি অমতনি নত্রগা অনিনি নত্রগা মদুদগী হেনবা ময়ামনি হায়না লৌনবা কবিসু ওইদে মবমদি হৌজিক মতমদা জাত্তি অমা ওইবা হায়না খন্নবদা ষ্টেটহুদ হায়বগা মরী কাবিমতা লৈনদ্রে। জাওিগী ওইবা ষ্টেট অসি ঙাসিদি ওহ্নোক্লা পীকখ্রবা ইউনিট অমা ওইবে; অদুগা অপীকপা ষ্টেটশিং অসিনা নিংতম্না মতোমতা লেপচবা ঙমদে। হেন্না হেন্না চাওববা ষ্টেট কয়া কযা ফাওবনা অশেংবা নিংতম্বা ফংগান হায়বসিসু চিংনানিংঙাই ওই। মরম অসিনা জাওিগী ওইবা ষ্টেটনা তোঙান তোঙানবা জাওিগী ওইবা ষ্টেটসিংবু নত্রগা অচৌবা ফেডবেসনশিংবু (অনিংবা অপান্বা চপ মান্নবা ষ্টেটশিংবু) মখোয়গী মফম পী। সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্না অসিগুম্বা শেমগৎ শাগৎপসিগী খুদমনি। জাওিগী ওইবা অকনবা লিচিংনা পুল্লবসু ইউনাইটেট ষ্টেটস ওইফ আওমরিকা অসি মকওইনা জাত্তি কয়াগী ওইবা ষ্টেটনি। ইউরোপ থুংনা চৎলম্বা হিটলারগী তুংদা, লৈবাক জয় তৌনবা নাজিগী অপাম মীহৌবদগী হেন্না চাওববা কাবিনো অমদি লৈলমই। ইউরোপতা লৈবা অপীকপা ষ্টেট ময়াম অমতা ওইনা পুন্সিনহন্নবা অচৌবা শক্তিনা থবক পায়খৎলমই। হিটলারগী লাম্মী অদু হৌজিক লৈপিদ্রে হায়বসি লোযশিনখ্রে; অদুম্নদি ওইবগা অচৌবা ফেডবেসন অমা শেমগৎকে হৌবম্বা ৱাখল অদুদি লৈবি।

অহন ওইববা লাইনিংবা অমগুম্না ককপা যাদ্রবা অচুম্বগা লোযননা মিষ্টব ঐচঃ জিঃ ওয়েল্সনা পৃথিবী আসদা হায়বমই মদুদি মতমনা ল্যাকলবদা হায়বদি পৃথিবীদা থোকইবা থৌদোক, শিন্দোক শিপ্পন তৌবগী মচাম মচোয় মচেৎ তানবকপগী মতম য়ৌবকলবদা, তোঙান তোঙানবা নিংতম্বা ষ্টেটশিংগী মবক্তা রাজনিতিগী ওইনা অমদি শেন্দোং ওইক্তবা তান্নবদগী লিশাং থানা লম্লোন ইতিক তৌবাশিংগী মবক্তা অর্থনিতিগী ওইনা খায়বুং খায়বুং তান্নবা হায়বসি মীওইবগী হৌনশানি। জাওিগী ওইনা নাইতোম তানিংবগী নিতি অমদি অমগা অমগা তেংবাংনদবা কাববাব, মসি পুম্বসি পৃথিবীগী লাযনা অমনি হাযনা মশাক্লা ঐখোযদা হাযবর্ম্মী। জাত্তিগী ওইনা মবম্নাই তানিংবা (তোখায় তানিংবা) মুথৎতুনা, অমতা ওইনা পুনশিন্নবা ঐখোযনা শিনগদবনি, মদু চাং হন্থবকপা নত্তে অমদি মীনায শীংদা চনবসু নত্তে। তুংদা ওইবক্কদবদু হায়না মাংজৌননা হায়ববু থৌশানদে, কবিগুম্বা মসিবু তুংগী মীরোম্না তাথি তাওইনৈ। শক্তি খুঞ্জি পাযবিরশিং অদুগী যেংদুনা হাযকববদি, মিষ্টব ওযেল্সনা ৱাবকলম্বা অমদি অতৈ (অখং অহৈ) কযানা হায়বম্বা অদু অঙাওবা ৱানি হায। অওইবমাও মখোযনা হাযবমইবা, থিন্দুনা তাকলমইবাশিংসে শোয়দ্রবা অচুম্বা ঙাক্লি। হায়বমইবশিংসে অথুবা মতমগী মনুংদা খোক্লবা যাই নত্রগা খবা থেংথনা থোবকপা যাই। শক্তি পায়বা কনাগুম্বনা মমিৎ তাংদুনা উদদ্রবদি, মসি চপচানা থোকাত্রিঙৈ মমাংদা অতোপ্পা অমা নত্রগা হেন্না খুদোং থীবা অমা থেংনদ্রিবা ফাওবদি ঙাইবা তাই।

অতৈ মফমদা তৌবগুম্না, ভাবত্তসু ঐখোযনা অপাম্বা খোল্লাও অদুতা লাওদুনা লৈবা তাবনি; মমাংষৈদা থোকাখবা থৌদোক্লা মরী লৈনবা ৱাহৈ ৱাতা অমদি ঙসি থৌশাবিদ্রবা, মতম অমদা ফীদম্নফম ওইবম্বা ৱাখল অমদি নিতি নিযম ঐখোযনা শীজিন্নবি; অদুগা মপোযগী মকওইবা থৌদাংনা মবম চানা খঙ্গবা ৱাখল খনবা থিংবা (খলহন্দবা) হৌজিকমক ওইবিবা, চান্নববা পাম্নদ্রবা ৱাখল কলহনবা অসিনি। ভাবতকী ওইবা অফবা শককপু লোম্না লৌথোক্লগা চমন্নবা ৱাখল পোকহল্লি, মাসুম তৌবসিনা মতম পুম্বনা মখোযগীদি ফৈ অদুগা ঐখোযদদি নুংঙাইতবা সাওনিংবা ৱাখল পোকহল্লি, অদুগী মথক্তা তিংচা যাইতম্বগী (লৈবাকমচা ওদবা) ৱাখল পোকহন্দুনা শেবান্নানা লমজিংই লোয়নানা ওইথোকপা যাদববোমদা চিংশিল্লি। হন্দক মবক চহি খবসিদা তুংদা ওইবক্কদবা ভাবতকী মবমদা মকওইনা ভাবতপু তোখাযনা অনিথোকহনবা অমদি অপুন্বা অমতা ওইবা ভাবত ওইহনবগী মবমদা যান্নসু ইনবে, ৱা ওইনসু ঙাংনবে, অদুবু অশুকপা ওইনা লৈবিবদি তোখায তানবা, হাযবদি, পাকিস্থান ওইনবা চকনাবিবা কাংবুনা মখোযনা পামইন্দু কবিনো হাযনা মযোক শেংনা মবমচানা পীযু হাযবা শুকযা যাদে তোখায তাহনগদবনি হাযবসিদা চু পাযবওম খন্দুনা লৈ। নখোযগা অপাম্বা অদুত হায়দুনা ফোংদোক্তুনা লৈ, অদুগা মখোয়গা মাযোক্লবিবা অয়াম্বসু ভাবনা দলান শাদুনা মখোয়না পামইবা নিংইবদ

ফুম্বংননা লৈথোকই (মসিনা তাকপদি) ভাবনা খল্লিবা মখোয়গী অপাম্বা মশাগী ওইজবা ব্রাখলদু থনুংদা ফুমদুনা থমই। তশেংবমক, উংখৎনবিবা অমদি ভাবনা আশা তৌবিবা কাংবু অনিনা উন্নদুনা ঙাংননবগী মবম ফাওবা লৈশিল্লকত্রে। অসুম তৌদুনা, পাকিস্থান ওইগনি অখণ্ড হিন্দুস্থান (তোখায়দবা অপুনবা ভারত) ওইগনি হায়না হুন্নদুনা অমগা অমগা ঙাংনদুনা লৈনবমই। উংখৎনবা, ভাব তাবা অমদি ভাব তাবোই তাদবোই তৌবা কাংবুগী অপাম্বদু চাংয়েং তৌনরকপদু, লোয়ননা পুক্লিং চংনা ব্রাখল তৌনবকপদু ময়েক শেংলকলে। অশেংবা অচুম্ববু খংজিন্নদবা লোয়ননা উংখৎনবগী লীলানা কুপশিন্দুনা অচুম্বা মবম অশেংবা পোফম্বু মাংহনবা ঙমদে; মখোয় নাঁতে চাদবা মতমগী খয়াত্তা তাপ্রে লোয়ননা অমুক্তা খল্লুদবা উপায় য়েংগ্রে। উংখৎনবনা খনগদবা ব্রাখলবু নমহৎখিবা মতমদা উংখৎনবনা য়ুম্ফম ওইদুনা খন্নখিবা ব্রাফমশিংদু মশানা লানবা তাবনি অমদি খুদোংথীব-থীববা মাইকৈদা চংশিনবা তাবনি।

মসি শোয়দ্রবনি মদুদি ভাবতকী তুংগী ফীবম ওইনিংবা ওইজববফাওবাদ, ভারত অসি নিয়ম মতুংইন্না অনি থোকলবসু তোখায় তানববা ভাবতকী শককশিং তোঙান তোঙানবা মওংদা চাওথোক্লা অমগা অমগা মতেং পাংনবা তাবনি। মনিং মখা তম্লবা ষ্টেট কয়াদফাওবা অমগা অমগা মতেং পাংনবি, অদুগুমদুনা অমগা অমগা লৈনরিবা মরী ঙাক্লবগীদমক ভাবত্তা লৈবা প্রোভিন্সসিং অমদি খায়দোকনবগী তোঙান তোঙান তাববা শরুকশিংসু শোয়দনা পুন্না চৎমিন্নবগনি, নত্রগদি পুন্নমক মাংমিন্নবা তাবনি যানদবা তাবনি লোয়ননা নিংতম্বা মাংবা তাবনি। অদুনা ইহান হেক হানবদা হংদবা য়াদ্রবা ব্রাহংদি – "ভাবতনা চাওখৎলমদা খোং থাংজিংনিংলবা লোয়ননা নিংতম্না কনাগীসু মখা পোন্দনা লৈনিংলবদি ময়াম পুন্নমক্কী অমতা ওইবা লিপুন অসি কবিনা ওইগদৌবিবনো, অদুগা তোখায় তাববা মচেৎ মচেৎশিং অসিগী নিংতম্লবা, কলচবদা চাওখৎহন্নবগীদমক মযামগী ওইবা চপ মান্নবা দবকাবনা কবিনা ওইগদৌবিবনো ?" (লৈবাকপু য়েক্লবগী মখুৎতগী কনবা) ঙাকশেনবা অসিমক তৌদ্রবা য়াদ্রবনি, ব্রাফম অসিমক খন্নদ্রবা যাদ্রবনি; ঙাকশেনবগী ঙমথংদা ঙাকশেনববু সৌগৎনবা খুৎ শা হৈবা হায়বসিমসু লৈবি লোয়ননা চৎথোৎ চৎশিন অমসুং অমগা অমগা ঈ পাওদা মবী লৈনবগী থবক লৈবি মসিগী মথক্তা শেম্বুম মবাং কযানা লৈহন্নবা শিনবগী লৌখৎফম থোকপা মবম কযামসু লৈবি। ভাবত অপুম্বা য়োক থাক্লবগীদমক ভাবত মনুংদা নিংতম্না লল্লোন ইতিক তৌহনবা তাবনি লোযননা কষ্টম, কবেন্সি অমসুং এক্সাইজ (য়োনবা য়াবা যাদবা ঙাকপা, শেন চৎহনবা ব্রাৎহন্দবা অমসুং শেন ওম্থোক ওন্সিন তৌবগী থবক) নিংথিনা লিংবা তাবনি; মবমদি লৈবাক মনুংগী ওইবা লল্লোন ইতিক থিংবা হায়বসি চাওখৎলকপা থিংনবা চাওববা পল অমনি। অমতা ওইনা লৈবা অমদি তোখায়না তোঙানবা মচেৎ মচেৎ ওইনা লৈবগী খল্লুবদা অমতা ওইনা পুন্না মকোক ওইবিবদুগী খুজিন থৌবাং মখাদা শোয়দনা লৈবা তাববা ফাওবদা অথুবা মতমগী মনুংদা তৌদবা য়াদ্রবা থবক কযা অমসু লৈবি। নহাক্কী অপাম্বা নত্তনা থবক খুদিংমকপু ঐখোয়না শুকউ উদবা নত্রবদি ঐখোয়না পাকিস্থানগীদমক খল্লবসু খন্দ্রবসু হায়বিব অসিগী (সেন্টব অমগী থৌশিল মখাদনা পুননা অমতা ওইনা লৈগদবনি হায়বসিগী) ব্রাংমদা থাপতোকলোইদবনি। ঙসি পাক শন্না লৈশ্রবা শুন্দ্রংগী চৎথোক চৎশিন তৌনবা শিল্লিবা অসিনা পৃথিবীদা লৈরিবা জাত্তি পুম্বগী অপাম্বদু থুংহল্লি; অমবোমদা হায়বগা, পৃথিবী অপুম্বগী ওইনা শিল্লিবা অদুগী খুজিন থৌরাং মখাদা লৈবি। তোঙানবা অতৈ লৈবাক কয়ানা ফনা যাম্না শিংদুনা মসিবু (পাকিস্থান তোঙায়া খায়দোকপবু) চুমই হায়না লৌবমগনি হাযবসি চিংননিংঙাই ওই; অদুগা ভাবত্তগী ওইনা ভাবত মনুংদা, নোংথক্তা পায়বগী থবক চাওখৎহনবদি মশানা তাবনি; অদুগা তোঙান তোঙান্না খায়দোকখ্রবা ভাবতকী লম মচেৎ মচেৎকী ওইবা মাগী মাগী ওইনা তোঙান তোঙান্না চাখৎহনগনি হায়বসিমকতি খনবদা ব্রানা থোকই। মসিগী মতাংদা তৌদ্রবা য়াদ্রবা অকনবা থবক কযা'মসু লৈবি মকওইনা জাত্তি অমগা জাত্তি অমগগী মবক্তা লৈনবিবা সিমানা, ব্রাফম শানতাইনবনি। ভাবত অসি লৈবাক অমতা ওইনদি অসুক্কী মতিক চাওগ্রে; পুন্নমকপু চাওখৎহন্নবগীদমক্তদি ওম্থোক্লা চাওমনগ্রবনি অদুগা তোখায় তাববা ভাবত্তদি মসি ওইবোই।

হৌজিক অবেপ্পা চেনবা যাদ্রবা ব্রাফম লাক্লে, পাকিস্থান থোবক্লবসু তোবক্রবসু ভাবতনা মনিংতম্বা চাওখৎপা ষ্টেট অমা ওইনা হিংনবা তাববদি ভাবত অপুম্বগী ওইবা য়ুম্ফমদা ষ্টেট অসিগী মকওইবা তৌদবা যাদ্রবা মথৌ মখৈদি

পাংথোকপা তাই। মসিগী ওন্ন তৈনবদি, লৈবিবা ফীবম হন্থবা অমসুং লেংদনা লৈবা, মাংথবকপা, অমগা অমগা তিন্নবা য়াদবা, ভাবত অপুন্বগী অমদি তোখায় তাপ্পবা মচেৎশিংগী – অনিমক্কী, বাজনিতি, অমদি অর্থনিতিদা ময়েং তাথবকপা মাংথকপদা থোবক্কনি। মমিং চৎলবা জ্ঞানিশিংনা হায়খিবা লৈ ঃ "মতমগী ওইবা অহৌবদগী হৌনা তোঙান তোঙানবা ওন্ন তৈনবা ঙাক্তা পুবক্কনি; অমতা ওইনা পুনবনা নিংতম্বা পুবক্কনি, তোখায় তানবনা মীখা থাবা থোকহনগনি।" অমতা ওইনা পুনশিনবা হায়বসিনা কবি মওং ওইবক্কদৌবিবা, মমিং (ৰাহৈ) লৈবিবশিং অসি মশা মশাগী অর্থ অমদি মমিং থোনবা হৌবকপদা ওইবকপা খংনবকপা মকওইবা মচাক লৈববদি অমতা ওইনা পুন্সিনবা অমদি মসিগী তোঙানবা অতৈ খংনবা লোন, অসিগী মকওইবা মচাক অর্থনা কবি ওইগদৌবিবা মসিগী মকওইবা মবমদি তোঙান তোঙানবা থৌশিন কয়াবু অপুনবা অমতা ওইবা ভাবতকী ওইনা পাংথোকপনি। অসিগুম্নবা থৌশিন কযা অমবু অমুক পৃথিবীদা ওইবা অপুনবা কাংবু অমগী লাকশিনবা থৌশিন মখাদা থম্বনি। পৃথিবীনা মাংপ্রবদি থৌশিন পুম্বসু মাংখিবা তাবনি। আকাশকী লম্বীদা পৃথিবী অমুক্তং কোযববদা, হৌজিক নুমিৎ হুমনি চংদে, অদুগা হয়েংদি, শুন্দ্রংগী ৱাংমদা (পৃথিবী অমদি নক্ষত্র গ্রহগী মবক্তা অইং অশা চপ মান্নবা পৃথিবীনা অকোয়বদা চেল্লিবা নুংশিংকী ৱাংমদা) চৎথোক চৰ্শিন তৌবা ওম্বা বিজ্ঞাগা চাওখৎলকপগা লোয়ননা মফম অমদগী অতোপ্পা মফম অমা ফাওবা চৎপদা মতম খবতমক চংলবা য়াই। অসুম্না শুন্দ্রংদা চৎনবগীদমক পৃথিবীগী মনুংদা ভাবতনা মকোক থোংলকপসু য়াবি। মাইকৈ অমদা, নোংচুপ এশিয়ান অমদি ইউবোপকা ভাবতসু বেল ফাওনবগনি, অমবোমদা ব্রহ্মা চীনাগা ফাওনবগনি। ভাবতগী ইলাপ লাপুনা, অৱাংদা, হিমালয় ৱাংমদা, তুংদা ওইবক্কদবা আশা কয়াগী মমিগা লোয়ননা অচৌবা কল কাবখানা লিংখৎলবা সোভিয়েৎ এসিয়া লৈবি। মসিগী মঙান্না ভাবত য়ৌবক্কনি অমদি ইীবম কযাদা ভাবতনা খুৎলং লমন শিংগনি।

ভাবত অপুন্বা অমতা ওইবা নত্রগা পাকিস্থান খাযদোকপগী ৱাফমদা চংশিনবা অসি ইথক্তা ইবাংদা ভাবনা শবা লোযননা নিংলক নিংলকপা হাযবা নত্তে; হৌজিকমক পৃথিবীদা থোকইবসি ঐথোযগী মিৎ মক্তা উবদুনা হায়বনি। ভাবত অপুন্বগীদমক্তা ওইনা মকওইনা কবি কবিগুম্বা থৌদোক অমদি ইীবম কয়াদা অমগা অমগা অমতা ওইনা পুনশিনহনবা যাবা মচাক অমা দবকাব ওইবা মবমনা ঐথোযনা চংশিল্লিবা অসি অবেপ্পা ৱাবেপ অমা তাদ্রিবা ফাওবা চংশিনবা তাবনি। মসি নত্রগদি ইউনিট মযাম অসি পুনশিনহনবা ওম্বা মপুংফাববা নিংতম্বা শক্তি অমা লৈবা তাবনি, লৈহনগদবনি লোযননা মপুং ওইবা অমদি মচেৎ তোখায় তাববা থৌদোকশিং অমতা ওইনা পুনসিনবা য়াবা, মমগীসু অমগীসু পুনশিনহনবা ইযা যানবা, ময়াই ওইবা মফম তাংকক অমা লৈহনবা তাবনি। ময়াই ওইবা মফম তাকক হায়বিবা অসি কদাইদগী হৌবা কদাইদা লোয়বা হাযবসিগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা মোৎ পীনবকপা যাই, থবক্কী লমদা পাংথোক্লবা খন্নববদি অসিগুম্বা মোৎ মান্নদবশিং অসিদি ফজনা লায়না মান্নবা অমদা পুবকপা মহৌশানা যাফম থোকই।

নমদুনা তৌদবা য়াদে হায়বা ৱাখল শন্দ্রবা, ইউনিট খুদিং অমদি মীপুম খুদিংনা মশা মশাতগী ওইবা নিংতম্বদমক খন্দ্রবা অমগা অমগা মতেং পাংননিংবগী পুকচেন খোয়জেন তিন্নবা লিংজেন লৈববা অদু ওবববদি মোৎ মায়দবশিং অসি শোযদনা মান্নগনি। হান্না পাম্নবম্বদুসু থাদোকপা তাবনি অনৌবা অপাম্বসু সাগৎলোযদবনি অনিমক চপ মায়হনবা হাবনা মক ওইবনি। কাংলুপ অমা ওইবকপগী হৌবকফম ওইবা অদুতা খনবা কাংলুপ অদু শাবনা চংইবা মী খুদিংবুদি কাওথোকপা, অদুগুম্না কবি কবিগুম্না ৱাফমনা বাজনিতিগী ওইনা অমগা, অনি নত্রগা অহুমগা মান্নহল্লি, অসুম তৌদুনা অচৌবা অপাম্বা কয়ামসু শাগৎলি। অদুগুম্না শিল্লাংবসিনা শাথিনা পেন্দবা অমদি অবেপ্পা লৈহনদবমক থোকহনগনি।

ভাবত ফেডবেসন অমদি ইউনিয়নদগী তোখায তানবা, নিংথিনা মবা চেৎলবা লম অমগী দাবি ইতহৎনা থাগৎলকলি; ৱাফম অসি শৌগৎপদা ইউঃ এসঃ এস ঃআবঃ গী অযেৎপা ৱাফম্না মাং থাবকলি। যেৎলিবা ৱাফম সি কবিমতা মবম চাদে, চুশিন্নদে; পীবিবা বাফম অসি পুংতোং তোংঙাল্লি, তাল্লিবা দাবী অসি থবক ওইনা পাংথোকপা যাবা মকওইবা ৱাফম কবিমতা যাওদে। দবকাব ওইবনা, তৌদবা য়াদবদগী নিংতম্বগী অপাম্বদু পীব তাবনা হৌজিকমক ভাবত্তা খন্নবিবা তান্নবিবা নিংতম্বগী ইবাংদা তাওদুনা তুংগীদমক যেংদুনা মসি যানিংলম্বদি য়াই। নিংইবা অদুগী মঙংইয়া কন্গ্রেসনা

মদু য়াথোকপ্লে। অদুমদি ওইবগা, য়াথোকখিবদুগী অচুম্বদু খন্নবকপদা, মতাংদুদা পল্লিবা, ময়াম পুম্নমক্কী ওইবা, চপ মাননবা প্রোব্লেমসিং অদু, হান্নবা খন্নহৌবা তাবনি। অদুগা তোখায় তাবা তাদুনা শকক মচেৎ অমা হেক খায়দোকখিবদা য়াম্না খুদোংথিনিংঙাইসু ওই, মবমদি অসুম্না হোৎনবকপা অসিনা, মীনাই নাইথাং কোক্লবা জাত্তি অমগী ষ্টেট অমা শেমগৎলকপা অমদি নিংতম্বা হৌগৎলকপবু থীনা নৈহৎকনি। পুবা থাংবা ঙমদবা প্রোব্লেম কয়া থোরক্কনি লোযননা তৌফম থোকপা থৌবম কয়া খন্নরকপদা চম্মনহনগনি। নাইতোম তানিংবগী ইরাং অমা থোবক্কনি; পুন্সিন্নিংলম্বা, অমতা ওইনা লৈনিংলম্বা কাংলুপশিংগা লমচত্তা ব্রাখলদা মখোয় মখোয়গী ওইবা তোঙান তোঙানবা ষ্টেট কয়ামকম দাবী তৌবক্কনি নত্রগা কাংবু কয়াগী মথক্তা তুহৎপা (মাংনিংঙাই ওইবা) তোপ তোপ্পা মখল কয়াগী খুদোংচাবা দাবী তৌবক্কনি। ভাবত্তা লৈবিবা ষ্টেটশিং অমতা ওইনা পুন্সিন্নবা খুজিন থৌবাং য়াম্না লুনা থোক্কনি; ঙসিমক ওইবিবা অসিগুম্বা ষ্টেটশিংগী লৈনরিবা ফীবম অসিনা মীওইবগী পুন্সিবু অনৌবা কবাব অমগী মখাদা পুবক্কনি। সমাজ অমসুং শেম্মুমগী প্রোব্লেম পায়খৎপদা লুনা থোকনি। অসিগুম্বা গুলমাল সিগী মবক্তগী নিংতম্বা ষ্টেট অমা থোবক্কনি হায়না খনবা ফাওবদা লুনা থোকই, মসি চুম্লবনি, মসিগী মতাংদা কবিগুম্বা খবা থোবকপদা, ওয়্ন-তৈনবা, মেন তাবা ঙল্লবোইদবা প্রোব্লেম্না থল্লবা খোইদৌ শাওগৎলবা লীলা অমা ওইগনি।

তোঙানবা শকক মচেৎ অমা খায়দোকত্রিঙৈ মমাংদা নিংতম্বা, ফজনা লৈঙাক ব্রায়েন লৈববা, নিংথিনা মবা চেৎলবা ভাবত অমা হান্না লৈবা তাবনি। মীবৈবাক্কী মীনা খুৎ থিংজিল্লিবসি লৈত্রবা মতমদা, তুংদা ঐখোয়না নিংঙমহৌবোইদবা, লাইবক থীনিংঙাই ওইবা থৌদোক থোকহল্লকপা য়াবা, ঙসি ঙহাক ঙহাক্কী ওইনা খন্নবিবা অপাম্বসিদগী লাপথোক্লা, মবী তৎন-থানবা লৈতনা শকক মচেৎ অমা খায়দোক্লবা, অনিংবা অমগা লোয়ননা পুখৎলকইবা ব্রাফম খন্ন নৈনবা, চপচাবা লৈবাক্কী ওইবা প্রোব্লেমশিংসি নৈনববা মতমদা, মসি (মচেৎ খায়দোকপগী ব্রাফম খন্নবা) ওইবা যাই। মবমসিনা সংবিধানগী নিয়ম মখাদা, লমসিদা লৈবিবা প্রজা মীয়ামগী শেংলবা থম্মোইগী, অপাম্বা মতুংইন্না; তোখায়বা শকক মচেৎ অমা খায়দোক্লবা ব্রাফমসি খন্ননবা মতম অমা লেপ্পা পাম্নবা য়াই; হায়বদি ভাবতনা নিংতম্বা ষ্টেট অমা ওইববা মতুং চহি তবা হেক শুবকপদা।

ভাবত্তা হৌজিক ওইবিবা ফীবম অসি, ঐখোয় অয়াম্বনা তশেংনমক খাবে, অতৈ উপায় ফংনবা ঐখোয় অযাম্বনা লাংতক্লনা খৌবাংনবে। মতম শাংনা চবম মেত্তুনা শ্বব থিংলবদা, শ্বব খজিক হোম্দুনা মতম খবত ওইববসু পোগ্খাহনবা য়ানবা খনবা, চম্মম্নববা আশাদা তাওদুনা, ইবাক্লববা মীনা হিংনবগী উপায় লৈত্রবদা তৌবগুম, ঐখোয় অযাম্বনা, তাওবকপা চক মকা কবিগুম্বা ফংলবদি খুদুম চেৎনা পাযগদবগুম, তয়াবি তৌনবি। মহৌশানা ওইফম থোকপনি মসি। মী লিশিং লখাগী নুংঙাই য়াইফবা মাংহনবদগী কোকহন্নবা, পৃথিবীগী তুংগী শান্তি লৈহম্দনবা তৌবদগী কোক্লবা, পাঙ্গলদি য়াওদনা, ইকাদি হৌবা, চংশিল্লিবা খোংচৎ অসিমক খুদোংথিনিংঙাইনি। খুদোংথীবগী চেকযাদা শোয়নিং শোযনিং নপ্পা ভাবত্তা ঐখোয়না লৈবকলি; ভাবত্তা, ভাবতকী মফম কয়াদা, অমদি বেঙ্গলদা হাকুম ঐখোয়না উপ্লবনি, মাং তাক্লবা ওইবা অসিনা অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়বু শেংনা কোক ঙাওহল্লি। বেঙ্গলদা থোকখিবা চাক তাংবা অমদি মদুগী তুংইন্ননা থোকখিবা থৌদোকশিং অদু থোক্তবা যাদ্রদুনা থোকখিবা অব্রাবা নত্তে; চাক তাংবা থোকখিবা অদুগী মবমশিংদু য়েংলবোই খন্না যেশিনবীদবা, থৌশাবীদবগী থোকখিবনি মদুনা মবম ওইদুনা চাকতাংবদু লাকশিনদে লোয়ননা কোক্লবা তৌবীখিদে। ভাবতকী লু-তোং য়ৌনা চাশিল্লবা থীনা মবা তাববা ইন্দ্রিগী ওইবা লাইনানা, হৌত্রবা মীবোন কয়াগী হাক্তক্তগী ভাবতনা নাবকপনা, থোকইবা থৌদোকশিং অসি মিৎনা শং শংন উববা, অকীবা ফংলবা দৃশশিংনি। ঐখোয়গী লৈজবা অপুনবা পাঙ্গল যাদুনা অসিবু মক্ব ফুক্তুনা কোকহন্দ্রিবর্মখৈ লাইনা অসি হেন্না হেন্না খুদোংথীববা মাংতাকহন্নবগী শক্তম (ওইহনলক্কনি) পুবক্কনি। ভাবতনা মচেৎ তাববদা, মশা-মশাগী মতেং ওইনবতা হোৎনদুনা, অমনা অমবু হন্না য়েংনবোই অমগা অমগা মতেং পাংনবোই; মদুনা মচেৎ তাববা ভাবত্তা লাইনা হেনগৎহনগনি; আশা য়াওদ্রবা, মপাঙ্গল লৈত্রবা, অব্রাবগী ইবোন্নুংদা মচেৎ তাববা ভাবত লুপকনি। অকীবা ফংনা থেংলবনি; মবমদুনা হৌপ্রবা মাংপ্রবা মতম লাকখৎনবা ঐখোয়না

হোৎনবা তাবনি। বেঙ্গলদা থোকখিবা চাক তাংবদগী ফংলিবা চৈনা অসিমক ঐখোয়গী ইথক্তা তাবা নত্ত্রা ? হৌজিকমকসু, রাজনিতি তৌবগী কান্নবা কান্নদবগী মতাংদত খনবা মীওই কয়া'মা লৈরি; লুম্বা-য়াংবা, চপ মান্নবা, থিংবা খুদোংচাবা ফংবা কাংবুগীদমক শকক খাকপা, খুদোংচাবা ফংনবা অনৌবা মী খোম্বা, খুদোংচাদদা তাদুনা চংশিল্লকপা কাংবু থিংবা অসিনচিংবতমক মখোয়না রাজনিতিগী থোংদা খন্দুনা লৈ; মদু তৌবা পাংথোকপা ঙম্বা মখোয়গী শক্তি মপাঙ্গলসু লৈতে, পাংথোক্লবা উপায় খনবসু ঙমদে; ফংফম থোকপা কান্নবা ফংনবা, সমাজ অমদি শেম্বুমগী অচৌবা ইহৌ থিংনবা, অচৌবা, শক্তি লৈবা অহোংবা অমনা, ভারত্তা হৌজিক ওইবিবা শক্তম অসি অফবা লমদা পুশিল্লক্লবা মখোয়গী রাখল লৌশিং অমদি মপাঙ্গল কবিমতা লৈতে। মখোয়না তৌবিবা অসি য়াম্না পংথ্রবা কান্নদ্রবা রাখলনি।

হৌজিক ওইবিবা প্রোব্লেমশিং অসি ওম্থোক্লা চাওনা লুপ্রে; মসিদা ঐখোয়গী পুক্লিং লুপখ্রে। তুংদা কায়নখংদা ওইবক্কদবা য়েংলুবগদি প্রোব্লেমশিং অসি পংকান কান্নবা ওইদবা য়াই; অদুগা মপানগী ওইবা খুৎশেমগী থৌদোকশিং অসি য়েংলুবগদি হেন্না কনশিনবা শক্তি থবক্কী লমদা শীজিন্নবা তাবনি। হৌজিক্কী ওইবা প্রোব্লেমশিং অসি মতম খবদং কাওথোক্লগা হঙ্গত্তুনা য়েংলবদি উগনি — ভারত অসি চেৎনা লিংজেল মান্নবা ষ্টেট অমনি, নিংতম্লবা শকক কয়াগী অপুনবা লৈবাকনি, য়ুমথংনবা লৈবাক কযাগা চান্ন চিন্ননা মবী লৈনবা লমনি লোয়নননা পৃথিবীগী থৌরম থৌদোক কয়াদা মক ওইবা শকক য়াবা লৈবাকনি। পোৎথোক চাথোক খনি লৈবা, মশা মতোমদা লেপচবা ঙম্বগী মপাঙ্গল লৈজবা লৈবাক খবগী মনুংদা ভারতসু অমনি। ঙসি লৈবিবা অসিগুম্বা লৈবাক হায়ববু ইউনাইটেড ষ্টেটস ওফ আমেরিকা অমদি সোভিয়েৎ ইউনিযননি। গ্রেট বৃটেনগী (লোয়লমশিংদা) সম্রাজদা লৈবিবা পোৎথোক চাথোক খনিগী পেরের্বশিংগী মনুংদা মশীং চনবা য়াবমগদবনি; অদুবু লাপ্ন লাপ্ননা শন্দোকপ্রবা থিংনবা থুংনদ্রবা সম্রাজদ অসি, অশোনগী পুকৈ ওইবে। অসিগুম্বা অশোনবগী পুকৈ নুংদা চীনা অমসুং ভারতসু য়াওবি। মহৌশা লাইরেম্বীনা পীবা লম্বুম পীকথন্না লৈবদা, অমদি তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈবদা, হাযবিবা লৈবাক অনি অসি চপ মান্নববা অমদি পাক চাওববা লৈবাক ঙাকনি; অদুম্মদি ওইবগা ভারতকী মতিক লৈববা খুৎ শা হৈবগী থবক্তা ঙাকনি, অদুম্মদি ওইবগা ভারতকী মতিক লৈববা খুৎ-শা হৈবগী থবক্তা চংবা মচাক মবনগী পুকৈদি চীনাদগীসু হেন্না মখল মখা য়াম্না, পাকশন্না লৈবা হেল্লি লোয়ন লোয়নননা ভারতনা দবকাব লৈবা পোৎ মপান লৈবাকশিংদগী পুশিল্লকইবা অদুক মপান লৈবাক্তা ভারতগী পোৎচৈ থাদোকলি। প্রাকৃতিগী ওইবা খনি, নোম্বা কনবা, হৈশিংবা অমদি তৌবা ঙম্বা শক্তি হায়বিবা মবি অসি নত্রবসু চুম্না নত্রগা পুকচেন খোইজেং তিন্ননা অমা ওইবা অসিগুম্বা ফীবমদা, লৈবাক অমমমতগী ওইনা লৌনববদা, ভারতকুম্বা অতৈ লৈবাক অমত্তা লৈতে। তশেংবমক ইউরোপ অমদি অতৈ লমদা মনিংতম্বা ফেডরেসন কয়া, জাতি কয়াগী তোঙান তোঙানবা কাংলুপ কযা ( অমগা অমগা তিন্নবা যাদনা) লৈবি; তোঙান তোঙানবা জাতিশিংগী অচৌ অচৌবা ষ্টেট কয়া মবন্নাই চোংথোক চোংথোক্লদুনা ইউরোপ অমদি অতৈ লমদা লৈনবি।

পৃথিবীগী শিংলি নাওবি ময়াম হৌফম পুনফম ওইবগুম প্রশান্ত মহাসাগবনা তুংদা আটলান্টিক মহাসাগবগী মফমসু মুল্লক্কদৌগুম তৌবি। প্রশান্ত মহাসাগবদা লৈবা ষ্টেট অমা নত্রবসু ভারতনা, মফম অদুদা, শোযদনা, মকওইবা শক্তি পাযবক্কদৌবি। ভারত মহাসাগবদা, খা নোংপোক এশিযাদা অমদি নোংপোক ময়াই (মিডল ইষ্ট) য়ৌবা ফাওবদা অর্থনিতি অমসুং রাজনিতিগী শক্তি পুম্নগী ময়াই থোকপা লম, ভারতনা ওবিক্কদৌবি। পৃথিবীগী মফম মফমদা ওইবিবা অর্থনিতিগী অমদি শা-লানগী (ষ্ট্রেটেজিগী) মকওইবা কান্নবা ফীবেপ ভারতকী লৈবিবা (ফীবমসিনা) মফমসিনা লেপলগনি; মসি তুংদা য়াম্না থুনা চাওখৎলগনি। ভারতকী নাকন যেৎলোম ওইবোমদা ভারত মহাসাগববু ইকোই কোইশিন্দুনা লৈবিবা লৈবাকশিং — ইরান, ইরাগ, আফগানিস্থান, ইণ্ডিয়া, সিলন, ব্রহ্মা, মালয, শ্যাম, জাভা, অসিনচিংনা লৈবাকশিং অসিনা লমদম অমতগী ওইনা পুনশিন্নববদি ঙসিমক ওইবিবা প্রোব্লেম মচাশিং অসি মাংখগনি, হায়বদি থোকপা অমা, অমা তৌদুনা তোঙানবা মওং অমদা অদুম খয়খিগনি।

ভারত মশামক মকোক থোংবা জাত্তিগী ওইবা লম অমনি হায়না মিষ্টর জীঃ ডিঃ ঐচঃ কোলনা লৌরমই; মহাক্না মসিমসু খল্লমই, ময়াই নোংপোক্তা (মিডল-ইষ্‌চতা) লৈবা লমদম পুম্বা, সিনো-জাপান অমসুং সোভিয়েৎ রিপব্লিক অনিগী মরক্তা লৈবা লম, লোয়ননা ইজিপ, আরব অমদি টর্কিজগী ওইবা অনৌবা ষ্টেট, অৱাংদা সোভিয়েৎ ইউনিয়ন–লম পুম্বা কোম্বা, অচৌবা অথোয়বা জাত্তিগী ওইবা ষ্টেটকী ময়াই থোকপা (মকোক ওইবা) লৈবাক অমা, মতম কয়াগী তুংদা ওইয়ু হায়না ভারতকী লাইবক্তা তমগ্রে। হায়রিবা পুম্বসি শেংলবা চুম্নবা ৱাথলগী ৱানি; অসুম্না মপুং মরৈ ফানা চাওখৎলক্কনি হায়বা কনা'মতনা হায়বা ঙমদে। পৃথীবীগী ওইবা কল্লবা লীপুন অমনা পুম্না পুন্সিন্দ্রবদি, অচৌবা মকোক থোংবা জাত্তি খরগী লৈবাক মচেৎ কয়ামরুম থোক্লা পৃথিবী অসিমক মচেৎ মচেৎ তাহনবা, ঐগী ৱাথন্দা, ঐহাক্লা পামজদে। পৃথিবীগী একতা অমদি অমত ওইবা থৌশিনবু থৌশাদবা-পামদবা য়ৌনা মীওইবনা পংথনরবদি, মশীং লাকঙমদ্রবা তৌ'ঙম্বা জাত্তিশিংগী লমদম (লৈবাক) পুম্বা, অচৌবা ষ্টেট অমমম ওইনা মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা থৌশিন মথাদা, লম লমদুগী নিংতম্বগা লোয়ননা চোংথোকনরকপা য়ানা লৈরি। অসুম্না চথরকল্লবদা অপীকপা-অশোনবা জাত্তিগী ষ্টেটতি লৈররোই (থৌ শাবীরোই)। হায়রিবা অপীকপা-অশোনবা জাত্তিশিং অসি মশাতগী ওইবা কলচরগী লম ওইনা হিংবদি য়াই অদুগা নিংতম্বা রাজনিতিগী ওইবা ইউনিট অমদি ওইবা য়ারোই।

ভারতনা মাগী লৈজবা পাঙ্গল-শক্তিবু পৃথিবীগীদমক শীজিন্নবা ঙমজরবদি, থোকনিংবা কয়া থোকলরবসু পৃথিবীগী নুংঙাই য়াইফনবা ওইগনি। মরমদি অসিগুম্বা লৈজবা পাঙ্গল-শক্তিনা মতম পুম্নমক্তা শান্তি অমদি মতেং পাংনববু শৌগৎকনি লোয়ননা অঙম-তাননবা লাঞ্জংবু মায়োক য়াগনি।

# তরাশুবা পন্দুপ

## তরানিথোইশুবা তাংকক

# মহৌশাগী ওইবা অচুম্বা অমদি রাজনিতি পুম্না পৃথিবী লৌশিনবা নত্রগা পুনশিনবা। ইউঃ এসঃ এঃ অমদি ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ

ইউরোপ্তা শোক্লবকপা লাঞ্জাও, লোয়শিল্লকপগী তানফম য়ৌশিল্লকলে; নোংপোক অমদি নোংচুপ মাইকৈদা লাম্মী থোমজিল্লক্লিঙৈ মমাংদা নাজিগী শক্তি লোয়শিল্লে। নিংতম-লাল্লৌনা খুবক হাংদ্রবা, ফজরবা নিংথিজরবা পেরিস, অমুক হন্না নিংতমলে। লাঞ্জাওগী প্রোব্লেমদগী হেয়া শাথিবা, শান্তিগী প্রোব্লেম্না মীওইবগী রাখলদা অরাবা পীবা হৌরক্লে; পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওগী তুংইনননা চহি কয়া চুপ্পা শমথবকপা লাঞ্জাওগী থিনা মাইথিবা ফংগ্রবা নুংশি নুংওনগী মমিনা, শান্তিগী প্রোব্লেম্না পোকহনবা, অরাবা রাখলগী তুংইল্লি। কদৌঙৈদসু অমুক্তা থোকখিদ্রি হায়নৈ। ১৯১৮ দসু মসুম্না অদুম মহায়নৈ।

চহি ১৫ গী মমাংদা, ১৯২৯ দা মিষ্টর ইউন্সন চর্চিলনা হায়বমই, "মসি মহৈ মহৈ লিনববা বারীনি, বারী অসিদগী, তুংগীদমক (লাক্কদৌবিবা মতমগীদমক) ঐখোয়না জ্ঞান (বৃদ্ধি লৌশিং) ওইহৌবা য়াই, খংহৌবা য়াই। জাত্তি মশেন খৎনবা অমসুং খৎনবদগী খুৎ থোক্লদুনা অরাফম তাবা অনি মসিমক থোং মান্নদে, লানফমদা নৈজবা পাঙ্গল মথৌনা তেংনা লানশোক্লবদা, পীবা মমল য়াওদ্রবা কান্নদ্রবা মনা মথুম; লানফমদা ওহাক্কী ওইনা লানওম্বা; শেমগৎ শাগৎপদা থিন্দুনা তপথবা, থোকওইদবা খুদোংথীবগীদমক নুংনাংবা; লুপা ময়েক উংদুনা খেন-চাং য়েংদবা অমদি খংহৌদনা ঘটনা থোকপদা, ওইবা লাইবক শমনাদা নাম্থোকপা; – মসি পুম্নমক্লা, মীওইবগী হৌনসা ওইবা, মাংজৌননা পংখন খনবা অতোপ্পা লাঞ্জাওবু থিংগদবনি।"

লাঞ্জাও অমদি শান্তি মতমদা মিষ্টব চর্চিলনা লুচিংবগী থৌদাং পুই; অরা-অনা তারবদা অমদি মাইপাকপা মতমদা মীথোই মীহেল্লবা মথৌনাগা লোয়ননা মবৈবাকপু লিচিংই; মবৈবাক্কীদমক অচৌবা আশা কয়া থুংহন্নবা লাকনৈ; মসিনা মবম ওইদুনা মহাক্তি পুম্নমক খংকম থোকই। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও মতুংদা, ভারতকী ওমখৈদগী হৌরদুনা ইরগা, ইবান, পেলেষ্টাইন অমসুং সাইবিয়া ফাওনা কোনষ্টানিচনোপল ফাওবা, নোংচুপ এশিয়াগী লম পুম্নমক বৃটিশ লাম্মীনা পাযশিল্লমই। মসিদা বৃটেনগীদমক মিডল ইষ্টতা শেমগৎপা য়াবা অনৌবা সম্রাজ অমগী শক্তম মিষ্টব চর্চিনা উখি। অদুবু লাইবক্লা তম্বনা অমা ওইখি। তুংগীদমক্তা কবি মং মহাক্লা মংলি ? "লাঞ্জাও হাযবসি শক্লাইদবা, ধাতু (ম্ল) শুংবা মীগুম্বনি" অসুম্না ইবমই, হৌজিকমক জেলদা নৈবা থৌনা ফববা শক্লাইববা ঐগী মকপ অমনা; জেলগী অথুপা কা কয়াদা ময়াই কাবা শক্তি শুংদুনা শেমদুনা মদুনা লানওম্বা অমদি মাইথীবগী প্লান (থৌশিল) পুম্নমক পুমতোয় তোয়না থুগায়বমই। অবোয়বা লাঞ্জাওনা লোয়বক্লবদা শান্তি পুবক্লবা ফমবা মীতিম্না ইউবোপ অমদি এশিয়াগী অচৌবা এমপাযাব মবিবু – রুশিয়া, জর্ম্মন, অষ্ট্রিয়া অমসুং ওট্রোমনবু কুপশু শানা থুগায়দুনা মাংহন্নবা খন্নাবা ওমখিদে। রুশিয়া, জর্ম্মন অমদি তুর্কিগী লাল্লৌবা লিওড জর্জ্জ, ক্লেমোন্সিন অমদি উলসনা ডিক্রি পীবা ওমখিদে।

লাঞ্জাওনা মাইপাক্লবা তুংদা লান ওম্লবসিংনা পুম্না তিম্নবা মতমদা, লানওম্লবা জাত্তিশিংগী লুচিংবশিংনা ভানখিবদু মখোয়গী হোৎনমন মহৈ য়াল্লে হায়বা নত্রা ? তুংগী ফীবেল কবম্বা মওংদা লেপকে হায়না মখোয়না নিংলিবা লোয়ননা

মখোয়গী মবক্তা অমগা অমগা মোৎ কয়া য়াম্না খেৎনগদৌরিবা নত্রগা কদায় কাওবা য়ানগদৌরিবা ? লান শোক্লনিংবা অপাম্বা লৈত্রবদা, মং ফাওবা মংলুদ্রবা শান্তিগী লম্বীদা প্রজানা হল্লিন্নবা লাক্লবক্লবদা অতৈ করি অমুক থোক্লগবা ? ইউরোপতা লোম্না থুপ্না হৌবকপা অথিংবগী ঈহৌ অমদি অনৌবা লাম্নীগী মতাংদা মখোয়না করি তৌখিবগে ? লাঞ্জাওদা মপুম থিৎলবা, রাখলদা অমদি লাম্ছেংনবদা, হাকথেংননা থেংনদুনা থল্লকপদা মপুক্লিং হল্লবা লাম্নী কোটি কোটিনা ময়ুম ময়ুমদা হল্লকপদা কবি হায়গনি, কবি তৌগনি ? মখোয়না লান চৎপদা অহোংবা নাম্নরকলবা মপুন্সি অদু, হৌজিক কবম্না মখোয়না চাশিননা লেনগনি ? মাং তাক্লবা ওৎ-নৈবীরবা ইউবোপতা করি অমা অমুক থোক্লগনি অদুগা এশিয়া অমসুং আফ্রিকাদনা কবি থোক্লগনি ? এশিয়াদা লৈবা মী লাক্ষ কোটিগী মনিং মখা তম্না ফংহন্নবগীদমক হোৎনবদা লৈখা তাপ্রবশিং অদু, মিষ্টর ওয়েন্দেল ইউলকীনা হায়বগুম, কবি থোক্লগবা ? পুম্নমক অসি করি ওইবগবা, তুংদা কবি অমুক থোক্লগবা ? ঐখোয়গী লুচিংবশিংগী মবা চেৎশিননা শেম্লবা স্কীমবু মথক মখা থোক-থোক ওলহন্নিবা অসুক তোয়না থোকহল্লিবা অণ্ডকপা নময়থাক অসিনা, পুম্নমক্কী মথক্তা, কবি অমা'মুক তৌরক্লদৌরিবা।

লাঞ্জাওনা কনশিল্লক্লবদা, অমদি ফেসিজমগী শক্তি মখাদা লান ওস্লদগী থোবক্কদবা খুদোং থীবনা মবাই চাইথবক্লবদা ইউনাইটেদ নেসন্সশিংগী লুচিংবশিং চাওখৎপগী লমদা অপনবা ওইখি লোয়ননা মাগী মাগী চেৎশিন্ননবা হেন্না কন্না লাক্লখি। মনিংতম্না লৈবাক মরি, অমদি আটলান্টিক চর্ত্তবনা ময়েক শেংলদবনা, অমসুং অপাম্বা উদেশ্যনা অককনবা ওইখিবনা মখোয় অসি হেক হম্বা য়াবা থাক য়ৌনা হম্বখি লোয়ননা হৌপ্রবা মতমগী পীবেপ লেংদলবা লাক্লবনা তুংগী আশা ওইখি। পাঙ্গলনা পাঙ্গলগী চাংয়েনবগী লানওংদা তশেংবা লাম্নীগী ওইবা খন্নবা নৈনবদু চথখি; নাজি অমদি ফেসিসকী ওইবা অচুম্বা নিতি নিয়ম তানবা রাফম্নদা য়েৎনবা তৌখিদে। জেনবেল ফ্রেনকো অমদি অশোনবা নত্রগা অকনবা মচিন চৎলবা ইউবোপতা লৈবা রায়েনচৈ পায়বশিংবু মপাঙ্গল হাপখি। সম্রাজ অমা লিংখৎপগী ইহৌদা মিষ্টব চর্চিলনা মাইপাক্লা চথবকলি। হন্দক্তা জর্জ্জ বার্নাবড সোনা লাওথোকই, "বৃটিশ সম্রাজ নত্তননা লৈবাক অতৈবু খুদুম চন্নিংবগী রাখলদা লুপ্না শক্তি লৈবা জাতি অমতা ইউবোপতা লৈতে।" সম্রাজ" হায়বা রাহে অসি মিষ্টব চর্চিলনা মতমপুম্বাদ হায়গদবগী লাক্লবনা রাহে অসি মাগী মখনাওদা পকশিন্দুনা লৈবমই। *

হৌপ্রবা মতমগা লাক্লদৌবিবা মতমগা খেননহন্নিংবা মী কয়া'মা ইংলণ্ড, আমেরিকা অমদি অতৈ মফম কয়াদা লৈবমই; মসিমক নত্রবদি হৌজিক থোকইবা লাঞ্জাওগী মতুংদা, কা হেন্না চাওবা লাঞ্জাও অমদি খুদোংথীবা থোবক্কনি হায়না

সম্রাজ অমা ওইবগী যুগ লোইশিল্লক্লে হায়বা লৈবাক ঙাকইবা বৃটিশ কাংবুনা কবিমতা থন্নবা লৈতে হায়বসিমক চুম্লবনি, লোয়লমদা চৎলিবা নিতি নিয়মদু মতমগা চান্ননা হৌজিক্কী ওইবা মওংদা শেমদোকপগী ওইনা মখোয়না খল্লি। মখোয়দদি অচাওবম কাবা অমদি লম্বুমগীদমক লোয় কয়ামকম লৈবা দবকাব ওই। লণ্ডন্দা লৈবা, বৃটেন্দা মচিন চৎপা শেম্বুমগী মবমদা জ্ঞান লৈববাঅমনা শোক ১৯৪৪ সেপ্তেম্বব তাং ১৬ তা ইবমই, "বৃটিশ, ফ্রেন্স অমদি দচ্চ কী সম্রাজ ঙাক্লোনবু য়ানিংদবা অমেবিকানা, পৃথিবী লাঞ্জাও মতুংদা শেমগৎ-শাগৎপগী শিনলাংবশিংদা হায়বমই, — খা-নোংপোক এশিয়াদা চৎনবম্বা লিববা সম্রাজ ঙাক্লোন হোংদোক্কদবনি; নোংচুপ হাবমদা লৈবা জাতিশিংনা শীজিন্নরম্বা লিববা শক্তি অদু, পৃথিবীদা লৈবিবা জাতি পুম্বগী ওইবা মওংদা নত্রগা লম-লমদুদা লৈবিবা মীয়ামদা লৈঙাক শীম্নবগী মওংদা হোংদোক্কদবনি। অসিগুম্বা রাখল খন্নবকপনা অমদি পাক্লা শন্না চৎপা, অমেবিদা ফোংবা খবব মেগাজিন্নচিংবা কয়ানা শৌগৎলকপনা বৃটিশ, ফ্রান্স অমসুং দচ্চনা তুংগীদমক খল্লম্বা রাখল অদু ইচম চম্না অমদি মপুং মবৈ ফানা হাযদোকপগী মতম ওইবকখি। মখোয়না লোয় চন্দুনা থমইবা লোয়লমশিং মখোয় অমতনা থাদোকনিংদব নত্তনা মদুগী (মথক্তা পনপ্রিবা অদুগী) মায়োক্তা নৌহৌননা, জাপানগী অপুনবা লম থুগায়বগী মকওইবা শকক ওইনা বৃটিশনা, মালয়, দচ্চনা ইষ্ট ইণ্ডিজ অদুগা ফ্রান্সনা ফ্রেন্স ইন্দু চীনা লৌশিন্দুনা মাগী মাগী সম্রাজদা গপচিন্নিংলমই, মখোযগা খুৎশম্নদুনা মীচং ওইনা চৎমিন্নবিবা আমেবিকাগী মপুক্লিংদা জাতি অহুম অসিনা চিংনবা পোকহল্লবদি লৌনম তৌবা থাজহনবগী মবান লোয়ননা ভাব তানদবদগী ওইবকপা যাবা খ্বাইদগী ফত্তবা মওং অমা থোকহল্লকপা যাবম্মী।

মখোয়না কীবমই। মপাঙ্গল কনবা শক্তি পায়নবা কাংবুদি অসিগুম্বা ৱাখলগী ইথিন চংলমদে; কাংবুশিংসি মখোয়না লাকশিনবা ঙমদবা অকনবা ইথিল্লা খুদুম চল্লমই। ইংলণ্ড, আমেৰিকা অমসুং ৰসিয়াদদি হান্নগী ওইবা লিবৰা ৰাজনিতিগী শক্তি অদু থোয়না হেন্না চাওবা থাক্তা ইহোং হোংদনা হঞ্জিনহন্নিংলমই। মসিবু অশেংবা, অমদি থবক্কী ওইনা পুথোকপা ৰাজনিতিনি হায়না খল্লমই। জিওপোলিটিক্সতা মমিং লৈবৰা আমেৰিকাদা লৈবা প্ৰোফেসাৰ এনঃ জেঃ স্পীকমেন্না, হন্দক্তা মহাক্না ইবা লাইৰিক অমদা ইবমই ঃ "মপান লৈবাক্কা মৰী লৈনবা পোলিসি পায়ৰা লৈবাক ঙাকপদা লুচিং পুৰেন ওইবা মীনা অচুম-অৰান অখাং কনবা অমদি লৈবাক মচা তাবগী মগুণ ঙাক্কদবনি লোয়ননা শক্তি পায়নবা পীৰা (লমদা) থৌওংদা মতেং পাংশিনগদবনি, অপনবা পীৰোইদবনি। শক্তি পায়নবা লাক্লবদা, মীওইবা অমনা চুমলে হায়না খনবগুম শক্তি অদু শীজিন্নগদবনি অসুম্নদি ওইবগা শক্তি অদু শীজিন্নবদা শোম্বৰক্কদবা লৈবৰদি থাদোক্কদবনি। ফজবা লমচৎ শাজৎকী মনা মথৎম ফংনবগীমক্তা ওইনা শক্তিবু তান্নৱোইদবনি, শক্তি ফংনবগী খুদোংচাবা ফংনবা ফজবা লমচৎ শাজৎ শীজিন্নগদবনি।"

মসি আমেৰিকা অপুম্বগী ওইবা ৱাখলদি নত্তে, শক্তি পায়ৰা কাংলুপ অমতগী ওইবা ৱাখলনি। প্লোবকী অকোয়বদা লৈবিবা ওৰিং অহুম মৰ — আটলান্টিক মহাসাগৰগী অকোয়বদা লৈবিবা মী কাংলুপ, ৰাশিয়া, চীনাদা লৈবা মী লোয়ননা খা এশিয়াদা লৈবিবা হিন্দ মুসলমান্নচিংববু যেংইবা মিষ্টৰ ৱাল্টৰ লিপমেনগী মিৎয়েংদি, হেন্না পাক চাওনা পৱাব পোলিটিক্স চংথবকইবসিনি, মসিদগী থোৱকইবা, পৃথিবীপুম্না অমগা অমগা তেংবানবা অমদি পৃথীবীগী ওইবা শান্তিবু মহাক্না কৰম্না উবা ঙমইবনো হায়বসি খংবদা লুনা থোকই। আমেৰিকাদা লৈবা মীশিং অসি থবক্কী ওইবা মীওইগী থাজজবা, মযেক সে দবা মিৎযেংনা অচুম্ববু উবা, মীওইবা জীবগা ওইবা মীনুংশি পৃম্নমক্তা অঙকপা মওংদা পান্সিল্লবনি। মখোয়গী মৰক্তগী নবম্বনা তুংগী ফীবম লাকশিনগবা লেপ্লগবা অমদি অসুম্না পন্না পুনশিনবা আসনা কবি থোকহল্লগবা ? মীয়াম্না খন্নংবা খঞ্জসনু, ফোবেন পোলিসিদা হৈশংলবা কাংবুগীদমক ফোবেন পোলিসি (মপাল লৈবাক্কা মৰী লৈনবা লৈঙাকলোন) খাংহনা লৈবি, হায়দগী লৈবক্লবা চৎনবীবু মখোয়না মতৌশানা মাংথহন্নিংই, অনৌবা খুদোংথীবদা মখোয়গী লৈবাকপু তাহনবা যাবা অনৌবা অহোংববু নখোয়না কা। মশানা চুমজবৰু থাজবদি, তশেংনমক, লৈভম থোকপনি, ভাবনা পংশা শাবা অমদি তৌদবা য়াদদুনা চৎনবীগী মখাদা অফ শাবনা নবম ওইদনা মবৈবাক নত্ৰগা মবৈবাক্কী লৈঙাকলোনগী ৱাখললোন, ৰ্জাওি অমতনা শেপ্পা গাবোই। হৌখ্ৰবা মতমগী কান্নদ্ৰবা মহাম্বু চু পায়বশুম পায়দনা, হৌজিকম (মতম মতমগী ওইনা) থোকইবা ৰাজনীতি অমদি অৰ্থনীতিগী ওইবা থৌদোক অদদসু নওনা প্ৰজা মায়াম্না পান্না অমদি খল্লিবা থৌদোকপু শংজিন্নবা লাক্লদ্ৰবা নত্ৰগা থৌশাদ্ৰবা নদু অঙকপগী মশক ওইববা অচুম্বৰ থাজদবা ওইগনি। অসিগুম্না মথাজ অসি, মীয়াম্না লৌনবিবা অচুম্বগী ওইবা ফীদম্নফমদগী লাপথোকখ্ৰবা (ফীদম্নফমগা মৰা লৈনদ্ৰবা), গুসি হয়েংগা ওইবা থৌদোক্কা মৰী লৈনদ্ৰবা, ভাবনা পংখন্দ খনবা ওইগনি।

অচুম্না থীবা কাংবুনা চম্মনবকলবদা লাম্মৎ তুমিৎনা মশক তাকপা ৰাজনীতি নৈনবনা মখোয়গী বৃদ্ধি হোৌশং ওইনবি, অমদি পোথাফম ওইনবি, জাত্তি অমগী চাওখৎপা অমদি চাওথবগী লংলা লংজিন ওইবা মৰম মাংখিদুনা চম্মনবৰদা ভৌগলিক ৰাজনীতিগী মনুংগী অমদি মপানগী ওইবা ৱাহম্বোক্তা জ্ঞানগী মঙান পী হায়না লৌনবি। ইংলণ্ডদগী হৌবক্তুনা (নত্ৰগা স্কোটলণ্ডগী ওইবমলবসু) মসিনা নাৰ্জিশংদা লমজিং মৈবা ওইবমই, পৃথিবী পুম্ববু খুৎ চনগে নিংবা মখোয়গী আশা অমদি মমংদু তাইবংপান যাওহল্লমই, লোয়ননা মসিনা মখোয়বু ইখং খংহৌদনা অৱাবা তাহনখি। পুম্নান লানবদগী খজিক চুম্বনা মতম পুম্বদা থোইন হেন্না খুদোংথীনিঙাই ওই, মতমগা চুনববা অচুম্বনা মীওইববু মখোয় কাহন্দুনা হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা অশেংববু উবা ফংহন্দে। কাইনাথংবা জৰ্মন্দা মপুং মৰৈ ফাহল্লবা, ঐচঃ জেঃ মেকিণ্ডৰনা পুথোকপা ভৌগলিকৰাজনীতিগী থিউৰি অদু মহাদেশশিংগী (এশিয়া, ইউৰোপকী) সমুদ্ৰ মপান্দা তাবা লমশিংগী চাওখৎলকপা সভ্যতানা যুম্ফম ওইবমই, ইউৰেসিয়াগী অপুনবা চাওববা লৈবাক্কী ময়াইমকনি লিংলবা লময়োন্দা লৈবা কাংবুনা লান্দাবকপা তকশিল্লকপদগী হায়বিবা সমুদ্ৰ মপান্দা তাব-কাংবুনা লম অমসুং মশাবু ঙাকথোকপা তাবমই। লমযোমন অসিবু ঙাকশেনবতনা পৃথীবী পুম্ববু খুদুম চনবনি হায়না লৌনবমই। তৌইগুম্বসুং সমুদ্ৰ মপান অকোযবদা সভ্যতানা মতম শাংনা চাওখত্নুনা লৈবম্না নত্তে; চাওখৎপা সভ্যতাগী উদেশ্য অমদি মঙান অসি তাইবং পানবা শিনবা থুংমনা শন্দোক্লকখি। ইউৰেশিয়াগী লময়োন্না পৃথীবী পুম্ববু খুদুম

চনবদা অমেরিকানা চাওখৎলকপদি য়াওবা নত্তে। অদুগা নোংথক্কী শক্তিনা অনৌবা মওংদা মপাঙ্গল কনখৎলক্লবদা মদুনা, ঈশিং অমদি খংফানগী শক্তি অনিগী মরক্তা লৈবা, অমনা অমবু লাকচনরম্লমদবদু মথক মখা ওলহল্লমই।

পৃথিবী জয় তৌবগী, মংলন্বা মং, তাইবং মংফাওখৎলকইবা জর্ম্মন (য়েক্লবনা) কোয়না কোয়শিল্লকপগী অকীবনা পুক্লিংদা নিংহল্লবা, অকীবা অমা কোকহলমই। শোভিয়েৎ রূশিয়াসু, মহাক্কী য়েক্লবা পুন্বা মাগী মায়োক্তা পুনশিল্লক্কদ্রা হায়না খনবদা মপুক্লিংদা অকীবা পোকলম্মী। ইউরোপতা লৈবা শক্তি পুন্বা, অথোয় অহেন নাইদবা, তেমদুনা থন্বা জাত্তি পুন্ববু খুদুম চন্দুনা খ্বাইদগী চাওবা শক্তি তানববু মায়োক য়াবনা ইংলণ্ডগী মজাত্তিগী ওইবা পোলিসিগী ফীরেপ ওইরমই। অতৈগী অকীবা অদু মতম পুন্বদা লৈরমই; অকীবা অদুমক্না লান্দারকপা ফত্তবা মন্নক্না রাতেম্মবা থোকহল্লমই। হৌজিক থোকলিবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মতুংদা পৃথিবীগী ওইনা মকোক থোংনা লৈরিবা শক্তি অনি হায়বদি ইউঃ এসঃ এঃ অমদি ইউঃ সেঃ এসঃ আরঃ লোয়ননা মখোয়গী তুংদা য়াম্না থাপ্না শোখনা লৈহৌরবা অমতা ওইনা পুনশিন্দ্রিবা অতৈ জাত্তিশিংগা অনিগী মরক্তা পুমনৌ নৌববা ফীবম অমা থোবকখি। প্রোফেসার স্পাইকমেন্না মহাক্না ইবা ইরোই লোইবা রাজনিতিগী রাফমদা, আমেবিকাগী মরমদা হায়বমবা লৈঃ মদুদি মাইকৈ মরিদা ইকোই কোয়শিনখিবগী খুদোংথীবদু আমেরিকানা ফংলমই; মখোয়না (আমেরিকানা) মখোয়গী অকোয়বদা লৈবা জাত্তি অমতংগা মীচং শেমনিংলম্মী লোয়ননা করিগুম্বা অমা থোকলকপদা অকোয়বদা লৈবা জাত্তিগা, ময়াম্না তমশিন্নরিবা অচৌবা শক্তি পায়রিবা জাত্তিগা (হায়বদি ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ গা) পুনশিনখিবসু থিংলোইদবনি।

মসি পুন্বসি য়েংবদা অশিংবা অমদি অচুম্বা ওইনা উই; অদুম্নদি ওইরগা তশেংনমক্তি য়াম্না পংবনি; মবমদি মসি লম লৈবাক শন্দোকপা সম্রাজ শেম্বগী থায়নগী ওইবা পোলিসিনি লোয়ননা মতুংদা খৎন-চৈনবা অমদি লাঞ্জাও থোকহন্নিংঙাই ওইবা জাত্তি পুন্বগী মপাঙ্গল শক্তি তেমদুনা চপমান্না থমবা পোলিসিনা য়ুম্ফম ওইবনি। পৃথিবী অসি মতুম তাবনা লৈবাক খুদিংমক অতৈ লৈবাক্না ইকোই কোইশিল্লি। পৱার পোলিটিক্সকী নিয়ম শীজিন্নদুনা অসুম্না ইকোই কোশিন্নবসি কোকহনবা তাবনি; মসি কোকহন্নবগীদমক জাত্তি অমগা অতোপ্পা (অকোয়বদা লৈরিবা) জাত্তিগা মকপ শান্নবা তাবনি নত্রগা মকপ শান্নরিবা অদুগী মায়োক্তা লান্দাবা, লৈবাক জয় তৌবা অমদি লৈবাক শন্দোকপা তাবনি। লৈবাক অমগী এবিযা ফনা চাওদুনসু মপাঙ্গল ফনা কন্দুনসু লৈবাক অদুগা লোন্দিননদবা অকোয়বদা লৈবা লৈবাক অমদি য়েকনবা লৈবাক্কী মপুং ফানা চাওখত্তবগী করাম্ববু কীবা পোকপা লৈবাকশিংনা কোয়শিনবগী খুদোথীবদু মতম পুন্বদা ঈরৈত মবৈ। পৃথিবী পুন্ববু খুদুম চনশিনবা নত্রগা অমগা অমগা য়েংথিনবা, য়েক্লবা লৈহনদ্রবা মদুতদা হায়বিবা খুদোংথীবসি কোকহনবা য়াগনি। পাওতাক অসি ঙাক্লবা তত্রা নত্রগা শাগৈ জাৎ য়েংদুনা নাপ্ল তৌবা, পাঙ্গল শক্তিনা ময়াই কাহনবা শিবা নায়বা মীওইবগী মপোক্তা মবাইবক চাং য়েংনিংবা, অতৈ কয়া'মা লৈবিগদ্রা ?

পৃথিবী পুন্ববু জয় তৌবা – খুদুম চনচবগা পৃথিবী পুন্বগী ওইবা এসোসিয়েসন অমা লৈবগা, তশেংনমক করিমতা খেৎনবা লৈতে; হায়রিবা অনিসিগী খেননবা মরক ওইবা অমা খনন্নিংঙাই লৈতে। মমাংঙৈদা কাংলুপ খায়নরম্বা অমদি মী অমতনা শক্তি পায়নিংবা বাজনিতি অদু হৌজিক অর্থ থোকত্রে; ঐখোয়গী অকোয়বদা চৎনরিবা অসিদদি মদু হৌজিক কবিমতা চন্নদ্রে, অদুম্নদি ওইবগা মসি চত্তি চৎনরি। ষ্টেটসিংগী অপাম্বা অমদি তৌবা ঙম্বা শক্তি অদু মখোয়গী ঙমখৈ রাংমা লাম্বোক্লরে; অসুম তৌদুনা পৃথিবী শিনবা থুংলক্লে। অতৈ জাত্তিগী ওইবা বাজনিতি অমদি অর্থনিতিগী ওইবা, লাইবক্লা তন্বা অদুগা তাইওন্ননা, নাইতোম তানা জাত্তি অমনা মতোমতা লৈবা য়াদে। কো-ওপরেসন (অপুনবা মরী) লৈত্রবদি মদুদগী থোক্তবা য়াদ্রবা মশানা তাবা ফল অদুগা লোয়ননা খুরৌ থাংবা শোয়দ্রবনি। অথোয় অহেন লৈতনা চপ মান্নহনবা, পুম্নমক্কী মান্নবা নুংঙাই য়াইফমিন্নবা, শোখহৌবা জাত্তিশিংবু মান্নবা থাক্তা চিংখৎপা, মীওইবা পুন্ববু চপ মান্নবা নুংঙাই-য়াইফবগী চাংদা লৈহনবা, লোয়ননা চপ মান্নবা থাক্ত কলচর চাওখৎহনবা চাওখৎমিন্নবা, মীওইবা-জাত্তিগী মরক্তা অচৌ পীশক খায়বা, অকনবনা অশোনববু লাকহৎপা লৈহন্দবা – অসিপুম্বনা কো-ওপরেসনগী (নুংশিননা লোয়নমিন্নবা অমসুং তিন্নমিন্নবগী) য়ুম্ফমনি। নৈহৎপা লাকহৎপনা নৈহৎলিবা লাকহৎলিবশিংদা মশাগী ওইবা নুংঙাইবা পোক্লবসু লোয়ননা মাগী মসাগী ওইবা

মিংচৎ লৈহল্লবসু, জাত্তি অমদি তাইবং মী অমত্তনা মখোয়বু ওৎ নৈবীবা, লাকহৎপবু খাংগুল্লদে। পৃথিবীগী মফম কয়াদা চাওখৎনরক্লবা মতমদা কাংবু খরনা লায়ববা অৱাবা ইপাক্তা ইরাক্লবা লৈনিংবা হৌনদে। অদুগা মফম অতৈদা কবি তৌবিবগে করি থোকইবগে হায়বা ফাওবা খংদনা লৈবা মী অমসুং কাংবুদদি মসি কয়া থোয়দোক্তে।

মসি পুন্নসি চুল্লবনি অদুবু থোকলক থোকলকইবা থৌদোক অদু মীওইবগী ৱাখলনা ইবোইননা খংবা ঙমদে, তুং ওইননা লাপ্না মীওইবগী ৱাখলনা লৈহৌই; তপ্না তপ্না কায়নথংদা থৌদোকশিং অদুগা চাশিন্নরকই হায়বা অসি হৌগ্রবা থৌদোকশিংগী শাংলবা রেকর্ডনা ঐখোয়দা খংহল্লি। তুংদা থোবকপা খুদোংথিবদগী নাম্বোক্লবা, অতৈ জাত্তিনা নিংতমলকপনা য়ুম্ফম ওইদুনা মশাগী নিংতম্বা মপুন্সি শেমগৎনবা, মশাগী ওইজবা তানবনা পাক্ল-শন্না অতৈ জাত্তিগা খুৎ শন্মনবা (কো-ওপরেসন লৈনবা) হোৎনবকই। অচুম্বা থাজগনবশিংগী মশাগী ওইজবা তানবদি থাইনগী ৱাবী লাইবিক অমদি নিত্তি নিয়মনা ঙমখৈ লেপই; মতম অমদা মীবোন অমগা চুর্শিন্ননা চৎলম্বা সমাজগী মওং মতৌ অমদি নিতি নিয়ম অদু অহোংবা লৈতবা ওইনা মখোয়না লৌই; মীওইবগী স্বভাব অমদি মীওইবগী সমাজ অসিদা অহোংবা লাকইবা অসুক কবিগুম্বা অমদা ওইদে হায়বসি কাওথোক্তুনা, মীওইবগী স্বভাব অমদি সমাজ অসিদা অহোংবা শকক অমফাওবা লৈতে হায়না মখোয়না লৌই। ধর্ম্মগী মওং অমসুং চৎনবিবা থাজনববা ৱাখল নির্তি নিয়মনা লেংদ্রবা ওইনা লৈবা সমাজগী চৎনবী মনাংনা নুংগুম লেংদনা লৈবা, লাঞ্জাওনা জীব পানবশিংগী থানবা য়াদবা ওইবা, সম্রাজ শেমগৎপা লৈবাক শন্দোকপনা মপাঙ্গল কনবা চাওখৎপা মীশিংগী (জাত্তিগী) তৌফম থোকপা মথৌ ওইবা, শেন্দোং তানবা ওইজবা থিবনা মীওইবা জাত্তিবু খুদুম চন্নবা থৱাই পার্বশিংগী হিংননবা অমতা ওইবা মথৌ ওইবা, লোযননা মীওইবা জাত্তিগী মীকোক থোংনবা পাম্বৈনি হায়না থাজনবা, পুন্নমক অসি অমুক হায়দোক্তবসু, লাওথোকত্রবসু, মশানা চুমই হায়না লৌনববা থাজবগী শকক ঙাকনি। মসি অয়াম্বা নোংপোক নোংচুপকী সভ্যতা পুবকপদা মান্ননা লৌববা ঙাকনি, ফেসিজম নাজিজম থোবকইবসি নোংচুপ হাবমগী হৌজিকমক ওইবিবা সভ্যতাগী য়ুম্ফম ওইবিবনি। ফেসিজমনা মীওইবগী পুন্সিবু থৌশাদনা য়ৌনা থন্না লৌববসু, মীওইবনা হিংইবসি কবিগীগীদমক্তনো হায়বসি ডিক্টেটবগী ওইবা ৱাখলনা উদ্রবসু, ৱাখললোন মতুং ইন্নদি ফেসিজমগা অতৈগা অনিগী মবক্তা চাওনা খেননবা কবিসু লৈতে। তশেংবমক্তি চহি চা অসুক কুইনা ইউবোপকী শক্তমবু মচু শংলকলবা মখোযগী ৱাখললোন অসিনা তাকইবদি মখোয়গী মনাৎ অদু মমি শামলক্লবনি। নোংচুপ হাবমগী বাজনিতি অর্থনিতি শাগৎলকপদা ফেসিজমগী মক হংগ্রবনি। হৌগ্রবা মতমদগী হৌনা খল্লকইবা ৱাখলদা অহোংবা অমা পুবকত্রিবা মখৈদি লান সোক্লবদা মাইপাকপনা অহোংবা কবিমতা পুবকপা ঙমলোই। থায়নগী ওইবা থাজবা অমদি ৱাখল, হোংদবা চত্থরি, মহৌশাগী ওইবা অবিবদু যাম্না পান্না ত্যাবি অদুনা ঐখোযসু মহৌশাগী ওইবা ইচেনবু ভাব তানা চৎপা তাবনি।

লাঞ্জাও থোকপদগী, মকওইনা থোবকপা মবম অনিদি ইউঃ এসঃ এঃ অমসুং ইউঃ এসঃ এসঃ আবঃ গী মপাঙ্গাল হেনগৎহনবা অমসুং ফংবা য়াবা লনথুম মতিক চানা ফংহনবনি। থুগাইবা মাং তাকহনবনা হাকমনখিবনা লাঞ্জাও থোক্লিঙৈ মমাংদগী লাঞ্জাও মতুংদনা হেন্না সোভিযেৎ ইউনিযন্না নংথবমই। অদুম্নদি ওইবগা (লাঞ্জাওগী মতুংদা) অঙকপা য়ৌনা কান্নবা ফংখিবনা য়াম্না থুনা চাওখৎলকখি লোযননা মীকোক থোংবা ঙমখি। ইউবেসিয়াদা (ইউরোপ অমসু এশিয়া পুনশিলগা) শেম্ভুমদা লম পাকচাওবদা ইউঃ এসঃ এসঃ আবঃ গা লম্বা তৌবা ঙম্বা কনামতা লৈতে। হান্নসু লম শন্দোকনিংবগী ৱাখল লৈবমই, অদুগা হৌজিকতি জাবগী হান্না লৈবম্বা সম্রাজ অদুগী পীকলবসু নত্রগা হেন্না চাওববসু সোভিয়েৎকী লম শন্দোকলি। কদায় ফাওবা চত্থবকপা য়াবগে হাযবদু হায়বদা লুনা থোকই। সোভিয়েৎনা সোশিয়েলিষ্ট ওইবগী অর্থনিতি মতুংইন্নদি সোভিয়েৎকীদমক্তা পাক্লা শন্না লম শন্দোকলুবগী মথৌ তাদে মবমদি লৈবিবা অদুনা ওকফম থোকপনি। অদুম্নদি ওইরগা মমাংঙৈগী ওইবা চিংনবা লৈবগা লোয়ননা অতৈ শক্তি কযামসু মশা পানখৎলকখি; অদুনা অতৈ শক্তি কয়ামনা লানগোয় চনশিল্লপগী অকীবদুসু ঐখোয়না অমুক হয়া উবা ফংই। মাইকৈ মাইকৈদা য়েংউবদা লাঞ্জাওদা থুগায়রম্বা মাং তাকহনলম্বদু সেমগৎ শাগৎপদা চহি কয়া চুপ্পা ইউঃ এসঃ এসঃ আবঃ থবক চিনবা তানবমই। অদুম ওইনমক, লৈপাক শন্দোকপমক নত্রবসু অতৈ অতোম্না হীবম কয়াদা খুৎ থাবদিতৌদবা য়াদ্রবনি। হন্দক মবমক চহি খবসিদা চাখৎপা হেনগৎলকপা উবদা হান্না মহৌশা থাগৎলম্বা কাংবুগী মথরাই নুংঙাইহন্দ্রবসু বাজনিতিদা মবা চেৎপা, শেম্ভুমদা নিংথিনা চাং অমদা লৈবা, ঙসিমক

ওইরবা সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী শক্তম অসি য়ৌনা কনাগুম্বা লৈবাক অমতনা উৎপা ঙমদ্রি। হৌজিক লৈরিবা সোভিয়েৎকী লুচিংবশিং অসি (করিগুম্বা লৈবাক অমগা) মুক্কবগী ফীবমদা লৈতে; তুংগীদমক্তা মখোয়না খল্লিবা তৌরিবা অদুগী মখা পোনবা ঙাকনি চাওখৎলকলিবা অসি।

অঙকপা পোখোক অমদি শিল্পাংবগী হৈশিংবনা ইউনাইটেড ষ্টেটস ওফ আমেরিকানা পৃথিবী পুম্নবু ঙকহল্লমই। অসুম তৌদুনা মখোয়না লাঞ্জাওদা লুচিং-থৌদাং লৌবদা নত্তনা আমেরিকাগী অর্থনিতিদা মতুং তানা চতখবক্কবা লম্বী শেম্বদা খুমাং চাওশিল্লকখি মদুতসু নত্তনা মখোয়গী য়ৌনা কল্লবা মথৌনা মপাঙ্গল অমদি জ্ঞান লৌশিংগীদমক কৈফৎ তাল্লবা মখোয়গীদা ওইনা কাম্নবা (প্রোব্লেম) থৌবাংসু মখোয়না পুথোকখি। মনুং মপান্দা হায়রবদি মখোয়গী লৈবাক্তা অমদি মীবেবাক্তা অকনবা (অপনবা লৈতনা) খুলৌ পল্লৌদনা মখোয়গী হৌজিক লৈরিবা শেম্বুমগী ফীবম অমদি ঙমখৈ মনুংদা প্রোব্লেম অসি মখোয়না কবম্না পাংথোক্কদৌরিবনো হায়বদু মাংজৌননা খংবা উবদা তসেংনমক লাইনা থোক্তে। আমেরিকা অসি নাইতোম মতোমদা লৈথোক্তে হায়না হায়নৈ। তশেংনমক মদু অচুম্বমকনি মরমদি মপানলমদা মীবেবাক্তা মখোয়না থাদোকপা ঙম্বা পোৎকী চাংদা মখোয়না হৌজিক তাংজবা তাবনি। হৌজিক কবিসু লৈতে হায়না শিংথাদ্রবা লাঞ্জাও মমাংদা ওইবম্বা শেম্বুমগী লৈফম থোকপদগী হেন্দবা চাং অদু হৌজিক্তি অতৈগী য়াখল চিংশিন্নিংঙাই ওইবা শক্তিগা লোয়ননা হেনগৎপ্রে। লান থোকহন্নবা মচাক্কী মহুত্তা শান্তি পুবক্কবা মচাক দবকাব ওইববা মতমসিদা খৎন চৈনবা খুৎলৌ পুল্লৌবা লৈতনা কদায়দনো মখোয়না মখোযগী পোৎথোক থাদোক্কদৌবিবসিবো ? ময়ুম ময়ুমদা হল্লকলবা খুৎলাই পাইবা মী কোটি কযাবোম অসিবু কবম্না থবক পীগদৌবিবা ? লাম্ছেংনবিবা লৈবাক খুদিংমক হায়বিবা প্রোব্লেম অসি মাইবোং যাবা তাবনি, অদুম্নদি ওইবগা ইউঃ এসঃ এঃ না তৌফম থোকপা অতৈ লৈবাক অমতনা তৌগদবা নত্তে। হৌজিকমক থোকইবা খুৎশা হৈবগী লমদা পাক-শন্না অহোংবা অমা লাকপসিনা দবকাব লৈবদগী য়াম্না হেন্দোকনা পোৎথোক থোকহনবা তাবনি নত্রগা থবক ফংদবা মশীং য়ামখৎহনবা তাবনি নত্রগা অনিমক ওইবসু যাই। ইউনাইটেদ ষ্টেট সবকাবগী লাওথোকপ্লবা পোলিসি মতংইন্না কা-হেনবা চাংদা থবক ফংদবা মশীং হেনগৎপা যাখিদ্রে অমদি থিংপ্রে। লান্দগী হল্লকপা সিফাইগী থবক পীনবা হায়না কনানা খন্নখিবমই লোয়ননা কান্নবা থবক পীশিন্দুনা থবক ফংদগী প্রোব্লেম (কোকহল্লমই) থিংলমই। লৈঙাক্কী পোলমদা ওইনিংবা অমা ওইববসু অচাইবদগী হৌনা অহোংবা অমা পুবক্কবদি মদু য়াম্না খুদোং থীনিংঙাই ওই, মসিমক পৃথিবীদা লৈবিবা (জাতি) লৈবাক পুম্নমক্কীমক ওইনা চপ মান্নবা মকওইবা ওইবিবনি।

পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ইনাক খুনবা মপাঙ্গল কনবা লৈবাক ওইরিবা ইউঃ এসঃ এঃ না অহেনবা পোৎথোক থাদোক্কুনা লোইশিন্নবা অতৈ লৈবাকশিংগী মখা পোন্না লৈবা তাবমই, অসুম তৌবা অসিমক পোথোক য়াম্না থোকপা, হৌজিক মতমগী অর্থনিতিগী ঙক্কবা খোংচৎনি। লাঞ্জাও লোযববা মতুং চহি কয়ামকমদি ইউরোপ, চীনা অমসুং ভাবত্তা মেচিন অমদি অশাবা পোৎকী দবকাব য়াম্না ওইবমই। অসুম তৌবসিনা অমেরিকানা শাবা, অহেনবা পোৎ থাদোকপদা অমেরিকাদা চাওববা মতেং ওইবা থোকলমমী। লৈবাক খুদিংমক মাগী মাগী দবকাব লৈবা মতুংইন্না মানা মানা তৌবা ঙম্বা শক্তি পুথোক্কুনা থুনা পোৎ-চৈ শাবা হৌগৎনবমই; অতৈ লমদা শানদবা অখন্নবা অককনবা পোৎচৈনা মপান্দা থাদোক্কবমই। মীযামগী ওইনা লৈবা ঙম্বা শক্তিগী মনুংদা লৈবা শকক্না শিজিন্নবা অমদি অচংবা শকক্কী ঙমখৈ ওইবমই; অসুম্না অর্থনিতিগী অহোংবা নিযম মখাদা লাকপা নিয়ম লেপ্পবম্মী। পৃথিবী পুম্বদা হিংদুনা লৈবগী ফিবম অমদি চাং মতুংইন্না দবকাব লৈবা চংদ্রবা যাদবা পোৎথোক হেনগৎলকপনা জাতি খুদিংগী লল্লোন ইতিক অমদি অমগা অমগা পোৎথোক শীয়বগী চাওখলকপা অমদি হেনগৎলকপা উবা ফংই। অসুম্না চাং হেনগৎলকপা অসিনা লোয়লম অমদি শোংখববা লৈবাকশিংদা পোথোক অমদি পোৎ থাদোকপগী মতাংদা রাজনিতি অমদি অর্থনিতিনা অথিংবা থনম্বদু লৌথোকহনবা তাবমই। অতৈ লৈবাক্না মরী লৈনহন্দুনা নাইতোম লৈহনলম্বা অমদি অনৌবা নিতি নিয়ম চৎপদা অথিংবা লৈহল্লম্বা অদুনা অচৌবা অহোংবা অমা পুবকপা শোয়দ্রবনি মসি মশানা তাবনি।

হৌদ্রবা মতমদা, মপান লমদা অচৌবা কাববাব তৌবা, অতৈ লৈবাক্তা শেন পুথোকপা, লণ্ডন সহবদা লৈবা, শেম্বুমগী শিনলাংবদা লুচিংলম্বা, অমদি ঈশিংলমদা অচৌবা জহাজনা লল্লোন ইতিক তৌবা অসিনা ইংলণ্ডগী অর্থনিতিগী যুম্ফম

ওইরমই। লাঞ্জাও মমাংদদি বৃটেন্দা লৈবা মীশিংগী চান থক্লবগী মপান লমদগী চাদা ৫০ গী হিংদা পুশিল্লকলম্মী। হৌজিক্তি মনামশীং চান্নবা কয়া থাবনা মপান লৈবাক্তগী লৌবগী চাং য়াম্না হল্লরমই। শাদুনা লোয়ববা পোৎ মপান লৈবাক্তা থাদোকপা, অতৈ লমদা শেন পুথোকপা, জহাজ চৎথোক চৎসিন তৌবা, শেম্লুম তানবগী থবক তৌবা অমদি লোয়া মপান লমদা কাববাব তৌবদা লাকপা ফংবা শেম্না, চিঞ্জাক পুশিল্লকপা অমদি পোৎ চৈ শানবা মচাক লৈবগী খবচ পীনবমই। অসুম তৌদুনা মপান লৈবাক্তা লল্লোনবা, মরুওইনা লল্লোনপোৎ য়াম্না থাদোকপনা, তৌদবা য়াদনা মক ওইবা বৃটিশকী শেন তান্নবা লম্বী ওইবমই। লোয়লমশিংদা অককনবা মোনোপোলি পীবা অমদি বৃটিশ সম্রাজদা মান্নবা চাংদা লেপহন্নবা মরু ওইনা শিনবনা অর্থনিতি ঙাকলমই। অসুম্না মোনোপোলি লাকশিনবা অমদি মান্নবা চাং অমদা অর্থনিতি শান্নবসিনা বৃটিশকী লোয়লম অমদি মখা পোনবা লৈবাকশিংদা য়াম্না খুদোং চাহল্লমদে লোয়ননা মখোয়গী হায়া মহৌশা চৎলম্না মওং অদু মখা তানা চথবা য়াহল্লমদে। মীরৈবাক্তা বৃটেন্না শেন পুথোকলম্বদু লোয়শিনখ্রে অদুগী মহুত্তা শেন য়াম্না তোনশিল্লে; অসুম তৌদুনা লগুন্না শেম্লুমগী লমজেল্দা মকোক ওইনা চেল্লম্বদু চেল্লে। মসিনা মবম ওইদুনা, লাঞ্জাও মতুংদদি, মপান লৈবাকশিংদা লল্লোনপোৎ থাদোকপা অমদি লল্লোনপোৎ পুথোক পুশিন তৌবনা বৃটেনগী মকওইবা তৌদবা য়াদবা মথৌ ওইখি। অদুম ওইনমক মপান্দা থাবা লল্লোনপোৎকী চাং হেনগৎহনবা যাবা নত্রগা হান্নগী চাংদা লেংদনা থম্নবা চেকশিন্না ঙাকলমই।

১৯৩৬-৩৮ দা লাঞ্জাও মমাংদা গ্রেট বৃটেন্দা লাকপা শেনগী (অমুক হন্না মপান লৈবাক্তা থাদোকখিনবা নত্তবা) চাং অসি পাউণ্ড ৮৬৬,০০০,০০০ বোম ওইগনি। মখাদা উৎলিবা অসি মখোয়না ফংবগী হিসাবনি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| লল্লোন-পোৎ থাদোকপা | পাঃ | ৪৭৮ | কোটি |
| মপান লৈবাক্তা পুথোকপা শেনদগী লাকপা ইনকম | পাঃ | ২০৩ | কোটি |
| জহাজ চৎথোক চৎশিন তৌবদা ফংবা | পাঃ | ১০৫ | কোটি |
| শেনগী কাববাব্য | পাঃ | ৪০ | কোটি |
| অৱাৎপা (ফংফম থোকপদা)পাঃ ... | পাঃ | ৪০ | কোটি |
| | পাঃ | ৮৬৬ | কোটি |

ভাবত, ইজিপ, আর্জেন্টিনা অমসুং অতোপ্পা লৈবাকশিংগী পোৎ চৈ লৌশিনবা, থবক তৌহনবা (আমেবিকা লেন্দ লিজ = আমেবিকানা লম অমদি থবক শুবগীদমক ইনবা য়ান্নচে নত্তনা) মপান লৈবাক্তা পুথোকপা শেন্দগী আয়, ইনকম নিংথিনা লাকপগী মহুত্তা অতৈ লৈবাক্কী শেন তোনশিনবনা অচৌবা অৱাবা থৌদাং অমা ওইবমই। লর্ড কেনজিনা চাওবাক্লা হিংসাব তৌবদা তোনশিল্লিবা অবেপ্পা ষ্টার্লিং অসি, লাঞ্জাওনা লোয়বকপদা পাউণ্ড ৩,০০০,০০০,০০০ বোম শুগনি হায়। মবমসিনা, লাঞ্জাও মমাংদা বৃটেন্না মেখৎফম থোকপা অৱাৎপসি চহিদা পাউণ্ড কোটি ৩০০ ওইবা য়াই। পোৎচৈ থাদো ক্রুনা অমদি অতৈ তৌবা য়াবা থবক তৌদুনা মদুদগী ফংবা শেন্না হায়বিবা অৱাৎপসি মেনখৎপা ঙমদ্রবদি মুমবান কৈবানগী থাক অসি ওইবা য়াবা চাংদা হল্লহনবা তাবনি।

মসি, লাঞ্জাও মতুংদা শেম্বা, বৃটিশকী পোলিসি মতুংইন্না চথবকপা লৈঙাক শাসনগী শকক অমনি; হৌজিক ওইবিবা অর্থনিতিগী (শেম্লুমগী) ফীবম অসি লেংদনা বৃটেন্না থম্নবগীদমক মহাক্কী লোয়লম সম্রাজ অসি, শেমদবা য়াদবা খবা, মম্নিংতা ওইনা, হোংদোক হোংজিন তৌবগা লেংদনা থম্না পাল্লমই। লোয়লম অমদি লোয়লম নত্তবা লৈবাক অপুম্বগী মকোক থোংবা পার্টনার অমা ওইনা মহাক্লা (বৃটেন্না) পুম্নমকপু লুচিংনিংলমই লোয়ননা অচৌবা পৱাব অনি, ইউনাইটেদ ষ্টেট ওফ আমেবিকা অমসুং সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী লৈবিবা পাক-চাওববা শেম্বোক লম্বী অসি বাজনিতি অমদি অর্থনিতিগী লমদা পুশিন্দুনা, মান্নবা চাং অমদা থমনিংলমই। মবমসিনা মাগী সম্রাজ অসি লেংদনা মহাক্লা থমনিংলমই, মহাক্লা ফংইবা অদু ৱাত্তনা ফংনিংলমই, লোয়ননা অনৌবা লমশিং, খুদম ওইনা, থাইলেণ্ডনচিংবসু মহাক্কী মখুৎ চয়া থমনিংলমই। নোংচুপ থংবা ইউবোপতা লৈবিবাঅচৌবা অমদি অপীকপা লৈবাকশিংগা নকসিন্ননা খুৎশম্নদুনা চৎমিন্ননবসু বৃটিশ পোলিসিগী অপাম্না অমা ওইবমই।

মখা পোনবা লৈবাক অমদি লোইনমশিংগী মতাংদা, ফ্রেন্স অমসুং ডচ্চ কী কোলোনি-পোলিসিসু বৃটিশনা য়াৱমই। ডচ্চ সম্রাজদি তশেংনমক উতাংবীগুম তাংবা সম্রাজ ওইবনা বৃটিশ সম্রাজগী মতেং য়াওদনা লৈবা ঙমলমদে।

বৃটিশ পোলিসিগী চথবিবা খোংচৎ অসি খংবদা লায়না থোকই; মহৌশাগী ওইবা হৌপ্লবা মতমগী ফীবম অমসুং অবস্থা অমদি হৌপ্রবা মতমগা মরী তৎন-থানবা লৈতনা মীনা (মীওইবনা) শেম্বা নিতি নিয়মনা বৃটিশ পোলিসিগী য়ুম্ফম ওইবম্মী। তবামাপাল শুবা শকাব্দিদা, হায়দোকখিবা হৌপ্রবা বাতাগী মতুংইন্নদি, ঙসি বৃটেন্না মাইয়োক য়াগদবা খুদোংথীবদু ওম্থোক্লা য়ামগ্লে। মতুং তাথবকপদা মাগী ফীবম শোক্সুরকই, মাগী শেম্বুগী ফীবম হৌজিক ওইবিবা ফীবমগা চান্নদে চুশিন্নদে, শেনথোক্লবা শেন্তান লম্বী অকক্কনরমই, মহৌশা ওইবা চাংদা মহাক্কী কল-কাবখানা অমদি লাম্মী থমবা ঙমলমদে। মতম কুইববা অর্থনিতি অদু ঙাক্লনবা থম্নবা নিয়ম অদু মকওইবা অবেপ্পা লৈতবা ঙাক ওইবমই, মবমদি নিতি নিয়মশিং অদুনা ঙহাক লৈতনা খৎন-চৈনহনবা থোকহল্লমই, ঙাক শেনবগী থবক রাংহল্লমই, মখা পোনবা কাংবুশিংদা ফত্তবা নুংঙাইতবা রাখল পোকহল্লমই মদুনা বৃটেনগীদমক্তদি তুংদা হেন্না খুদোংথীবা থোকহল্লকপা য়াই। বৃটিশকী পোৎচৈ য়োন্নবগীদমক মপান-লৈবাক্তা ঙাক শেন্দুনা থমইবা মফম, কৈথেন, পোৎ চৈ শাবদা চংগদবা মচাক অমদি অহোংবা চিঙ্গাক পুশিল্লক্লবা খুৎচন্না লৈবা লোয়লমশিং অমদি অতৈ লমশিংদা শিনলাংবনা, মহৌশাগী মতৌগুম্না চাং অমদা য়ুম্বান কৈবান থম্লবা অমদি মদুদগী হেয়া ফগৎহন্নবগী মচাক ওইবমই, মসিমক খ্বাইনা হেক্তা খংনববা বৃটিশকী অপামবা আশানি। মসিনা তাকপদি বৃটিশকী য়ুম্বান কৈবানগী চাং হম্থদনবা লাক্লবদা এশিয়া অমদি আফ্রিকাদা লৈবিবা মী কোটি কোটিদগী তাদনা নমথদুনা থম্বা তাবমই নত্রগা মখোযগী হিংবদা য়াবা ফীবমদা লৈহনলম্বা তাই। বৃটেন্দা লৈবা মীওই অমতনা বৃটিশকী য়ুম্বান কৈবানগী চাং হম্থহন্নিংদে; অদুগা এশিয়া অমসুং আফ্রিকাদা লৈবা মীশিংবুদি মখোয়না মীওইনা খন্দবা (শা ঙা ওইবা) থাক্তা নমথদুনা থম্নবগীদমক লোয়লমগী (এশিয়া অমদি আফ্রিকাদা লৈবা লোয লমগী) শেম্বুমগী ফীবম ফৎহন্দনা নমথদুনা থম্বা অদু লোযলমগী মীনা শুকয়া য়ানিংলমদে; মসি চুম্লবনি। (লাঞ্জাও মমাংদা) বৃটেন্দা চহিগী ওইনা পোৎচৈ লৈবগী চাংচৎ অসি মিকোক্তা পাউণ্ড ৯৭ ওই হায়নৈ (ইউঃ এসঃ এঃ দদি মসিদগী হেন্না রাংই); অদুগা ভাবক্তদি পাউণ্ড ৬ তগী তাবমই। অসুক থিনা খেৎনবসি খাংবা ঙম্ফম থোক্তে, অদুগা তশেংনমক, লোয়লমগী শেম্বুমগী ফীবমদা ময়েং তামহনলকপসিনা মসিগী ফল ওইনা, লোইলমগী, মপু ওইববা অদুগী ফীবম শোকহন্দবা নত্তে। ইুঃ এসঃ এঃ দদি মসি য়াম্না শেংনা ভাব তাবমই; মবমদুনা ইণ্ডষ্ট্রি চাওখৎহন্দুনা, মশাবু মশানা লৈঙাকহন্দুনা লোয়লমদা লৈবা মীগী (খবচ) পোৎ চৈ লৈবগী চাংচৎ অসি হেনগৎহনবনা মখোয়গী (ইউঃ এসঃ এঃ গী) অপাম্বা ওইবমই। ভাবক্তা কল কাবখানাগী থবক (ইণ্ডষ্ট্রি) লিংখৎপগী তঙাইফদবদু বৃটেন্দসু (কায়নথংদা) ভাব খজিক তাবকখি; বেঙ্গলদা থোকখিবা চাকতাংবনা মসিগী মতাংদা (ইণ্ডষ্ট্রি লিংখৎপগী মতাংদা) মীয়ামদা অকনবা ইথিনগী অপাম্বা রাখল পোকহনখি। অদুবু বৃটিশকী লমদা লৈবা ইণ্ডষ্ট্রিগী ফীবম চাওখৎহন্নবা ফনবা মখোয়গী থৌশিন অমদি মিৎয়েং মখাদা, ভাবক্তা ইণ্ডষ্ট্রি চাওখৎহন্নবা হোৎনবনা বৃটিশ পোলিসি ওইবমই। এশিয়াদা লৈবা লৈবাকশিংদা তৌবগুম্না ভারত্তসু ইণ্ডষ্ট্রি চাওখৎহনবা তাবমই; অদুগা হংনবা য়াবা রাফমদি খোংথাং অমদি খোংচৎনি। অদুগা চিংননিংহাই ওইবা রাকমদি মসি, লোয়লমগী অর্থিক অবস্থা নত্রগা মীবৈবাক্কী থৌশিন অমদি মিৎয়েং মখাদা ওইবা য়াবা ফীবমদা ওইহল্লক্কদ্রা হায়বসিনি।

ঙসিমক ওইবিবা বৃটিশ সম্রাজ অসি পৃথিবীগী মহৌশাগী ওইবা ফীবমগী শকক অমা নত্তে নত্রগা শেঞ্জাও পায়বা সিফাই মবাং কাইনা লৈবদগী ওইবা শকক অমসু নত্তে। থরাই শোকপা, মমাংঙৈদা নমদুনা য়ানহনবা অসিপুম্বা হৌজিক ফাওবা কাওনদ্রি, অদুম্মদি ওইবগা মসি পুম্বসিনা মমৈথংদা (চহি কয়াগী তুংদা) ওইবগদবা মকওইবা থম্নবা য়াবা রাখল্লোনবু নমহৎপদি য়াবোই। বৃটেন্দা লৈবা মীশিংগা লেংমান্নবা জাত্তিগী মীয়াম তাবা মফম খবদদি মথরাই নুংঙাইহন্দবা থম্মোই

শোকপা পোকহল্লি। অতোপ্পা মওং অমগী ওইবা ভারত অমদি মখোয়গী মখা পোনবা লোয়লম, সম্রাজদদি মসিমক তসেংনা হায়রুবা য়াদে। খা-আফ্রিকাদা লৈবা বুড় জাতি (খা আফ্রিকাদা লৈবা লোয় ওইনা লৈবা ডচ্চকী মচা মশুশিং) য়েংউববদি মসি খা-আফ্রিকাদসু হায়কবা য়াবোই। অচৌবা লৈবাক কয়াদসু লৈবাক্কী মনাক্তা (চৎনবী মতুংইন্না) বৃটেনগা লৈনবা মরী তৎনবা য়ানা, শোন্থহন্নবা, ফত্ত লৌশিং তৌদুনা অহোংবা খজিক খজিক পুবকই। লাঞ্জাওগী মতমদা ইণ্ডষ্ট্রিদা চাওখৎপা য়াবমখৈ চাওখৎপ্রবা কানাডাদি ইউঃ এসঃ এঃ গা খুৎশম্লনা চৎমিন্নথিবনা মপাঙ্গল কল্লবা লৈবাক অমা ওইখ্রে। মহাক্না চাখাইবকপা শেন্না হীবম খবদদি বৃটিশকী ইণ্ডষ্ট্রিগা অক্মা ওইনা চৎমিন্নবকলে। অর্থনিতি পাকথোক শন্দোকপগী মতাংদা অষ্ট্রেলিয়া অমদি নিউ-জিয়লণ্ডসু, বৃটেনগী লমনা ফৈবা ইউবোপকী শক্তিগী পবিকব মনুংদা লৈত্তে, ইউনাইটেদ ষ্টেটনা লুচিংলমজিং থাবিবা প্রশান্ত মহাসাগবনা কোয়বা এশিয়া আমেবিকাগী এলাকাদা লৈ হায়বসি খংলকলে। মনাৎ তিন্নবগী য়েংউববদি কানাডা অমসু অষ্ট্রেয়া লৈবাক অনিগী কলচব চাওখৎ চাওখৎলগা ইউঃ এসঃ এঃ বোমদা অসুম অসুম চৎশিল্লকই।

আমেবিকাগী পোলিসি অমদি লম শন্দোকনিংবা ব্রাখলগা লোয়লমশিংদা বৃটিশনা ঙসি য়েংইবা মিৎযেংগা চুশিন্নদে। ইউনাইটেভ ষ্টেটনা মপান্দা য়োনবা মখোয়গী পোৎ চৈ ইফোং ফোংনা নিংতম্না য়োননিংলম্মী; অতৈ অচৌবা লৈবাক্না অককনবা য়োন্নবা লাক্লববু নত্রগা মখোযনা খুঙ্জি পার্যশিনববু অমদি পাযশিন্নবা হোৎনববু য়ানিংবা মিৎযেংনা য়েংলমদে। এশিযাদা লৈবা মী কোটি কোটিগী ইণ্ডষ্ট্রি থুনা চাওখৎহন্নিংবা, মফম পুম্নমক্তা য়ুম্নান কৈবান অৱাংবা থাক্তা লৈহননিংবা অসি মখোযগী (আমেবিকাগী) অহেনবা পোখোক থুনা চৎহন্নিংবননি; মীওইবগী নুংঙাইনবা, মথব্রাই নুঙ্গাইহন্নবা নত্তে। পোৎ থাদোকপগী কাববাবদা অমদি জহাজদা লল্লোন ইতিক তৌবদা আমেবিকা অমসুং বৃটিশ লৈবাক অনিগী মবক্তা খেৎনবা লৈবদি মশানা তাবনি। হৌজিক আমেবিকানা অৱাৎপা লৈতনা মচাক লাংশিন্দুনা শুন্দ্রংদা পৃথিবীগী মকোক ওইনিংলিবা অদু ইংলণ্ডদা যানিংদবা ফোংদোকই। আমেবিকানা থাইলণ্ডবু নিংতমহন্নিংই অদুগা ইংলণ্ডনা লোয়লম তম্বাই ওইহনবা পামলমই। লোযলম পুম্বগী শিনবা থুংনা লৈর্নবিবা তোঙান তোঙানবা চাংগী শেম্ভুমগী ফীবম্না য়ুম্ফম ওইবনা লৈবাক অনিগী ওন্ন-তৈনবা থোংজং থোকইবনি।

কমনওয়েল্ড অমদি সম্রাজদা নর্কশিন্না চিংর্শনহন্নিংবনা বৃটিশ পোলিসিগী উদেশ্য ওইবিববসি, ঙসি বৃটিশকী লৈবিবা তোপ তোপ্পা ফীবম অসিদগী লায়না খংবা ঙমই। লোযলম-সম্রাজবু (পাম্নবক্তবা) নুখৎপগী পাখল পোক্লবকইবা, লৈবাক লৈবাক্কী মজাত্তিগী চাওখৎপা লোযননা পৃথিবীগী অপুম্বদা হৌবকইবা অসিমক, বৃটিশ পোলিসিগী মায়োক্তা তৌফম থোকপা মবমচাবা অচুম্বা অমনি। থাইনা লৈবম্বা য়ুম্ফমদা য়ুম হৌগৎনিংবা, শাগৎনবা হোৎনবা, মাংখ্রবা মতমগী কাওখ্রবা শক্তম খনবা থিবা হৌগৎনবকপা, সম্রাজ অমা ওইবগী অর্মদি কুসি তৌনা লল্লোন ইতিক তৌবগী মতাংদা পৃথীবী শিনবা থুংনা মং মংনলকপা ৱাবী শানবকপা অসিমক বৃটেনগী কৈদাদগীনি লোযননা জাত্তি অতৈনা তৌফম থোকপদগী হেন্না, সিংদবা, তুংদা থোক্লদবা উদবা পোলিসি তৌববদগীনি, অতোপ্পা মবম অমনা, বাজনিতিদা, ইণ্ডষ্ট্রিদা অমদি শেম্ভুমগী মতাংদা মকোক ওইবা জাত্তি অমা ওইবমবদু মাংথখিবনা মকওইবা মবর্মনি। অদুম ওইনমক, মথৌনা, অমতা ওইনা পুন্সিন্নবগী অহনবা নাইদবা মবিংজেল, বিজ্ঞান অমদি শেমগৎ-শাগৎপগী তৌবা ঙম্বা শক্ত অমসুং মফম মতম পুম্বদা হেক্তা চুশিনবা ঙম্বা – মকওইবা গুণ ময়াম অসি (মমাংঙৈদসু) মথৌশাসু বৃটেনগী লৈবমই অদুগা হৌজিকসু লৈবি। মহাক্না চেল্লিবা মগুণশিং অমদি অতৈ গুণ কযানা মতম শাংনা অচৌবা জাত্তি অমা ওইহল্লি, মাগী মায়োক্তা লাকপা অৱাবা খুদোংথিবা কয়াবু নমহৎপা লাকশিনবা ঙমহল্লি। মসিনা মবম ওইদুনা, তোপ তোপ্পা তোঙঙানবা, হেন্না চাং নাইবা শেম্ভুমগী ফীবদা অহোংবা অমা পুবক্লুনা, মকওইবা, খুদক্কী ওইবা অথুবা প্রোব্লেম কযাবু বৃটেন্না মায়োক্লবা ঙমই। মঙোন্দা নপ্পা অমদি মহাকপু শৌগৎপা সম্রাজ অমা, থীদবগীগুম্না লৈনবা, মহাক্না হোৎনবদা মমাই পাক্না ঙমগনি হাযবসিদি শুকওই ওইথোক্লবনি।

শোভিয়েৎ আমেরিকা লৈবাক অনিগা বৃটেনগগী মরক্তা য়ান্নদবা নিংঙাই শংদানবা নত্রগা পুনশিনমিন্নবগী মতাং লাকপদা শোভিয়েৎ অমসুং অমেরিকা লৈবাক অনিগী পোলিসিদা পোপ তাব হায়বসি অয়াম্বা মতমদা শোয়দ্রবনি। পৃথিবী পুমবগী শান্তি অমদি পুনশিন্নবগী শক্তি অহুম পুন্না খুৎশম্লনা চৎমিন্নবা দরকার ওই হায়না মীপুমখুদিংমক্না লাওনা লাওনা কোংনা ৱারী শানমবই; অদুবু থৌদোক খুদিংদা, লাঞ্জাও শোক্ররিঙৈ মনুং ফাওবদা য়া-নদবা, মত থেৎনবা হেক হেক থোক্কে তৌই। তুংদা থোকলকপা অদুদগী শেংনা খংই মদুদি লাঞ্জাল লোয়রবা মতমদা, পাঙ্গল থোকনা লম শন্দোকপা অমদি লাঞ্জাওগী সমপত্তি য়েন্নবদা ৱাজাও ঙাংবনা ইউঃ এসঃ এঃ গী অর্থনিতিগী চৎনবী ওইরমই। মসি ইম্পবেলিজমগী অনৌবা মখল অমা নত্তবরা ? মসি তৌববদি অতোপ্পা ৱানিংঙাই অমনি; মবমদি তুংগীদক্তা লময়ানবদা আমেরিকাগীদি শক্তি অমদি খুদোং চাবা কয়া লৈরমই।

শোভিয়েৎ ইউনিয়নগী তুংগী পোলিসিদি লাইনা তম্বা অঙকপনা হৌজিক ফাওবা খংহন্দনা কুপশিল্লি। অদুম্মদি ওইবগা মহৌশাদগী হৌন খংনববা ৱারী কয়া অমা লৈরক্লি। মহাক্কী অকোয়বা ঙমখৈদা লৈবা নকনবা লৈবাক পুন্নমক ঙমইবমখৈ, মকপ-শাননবা, মখাথাহনবা নত্রগা মখাপোলহনবগুম থম্বনা মহাক্কী অপাম্বনি। পৃথিবীগী ওইনা শেমগৎ শাগৎপদা, অকনবা লৈবাক অতৈগা লোয়ননা থবক পায়খৎমিন্নরবসু, য়ানবনা য়ুম্ফম ওইদুনা মশাগী মপাঙ্গল কনখৎনবা হোৎনবনা হেন্না থাজবমই। অদুগা চুম্না লৌববদা অতৈ জাতিশিংসু মখোয়না হেক ঙম্বা মখৈ অসুম্না তৌনবা হোৎনরমই। মদুনা পৃথিবী পুমবা অমতা ওইনা পুনশিন্নবগী শৈহৌ ওইবদি য়াবোই। অহেনবা পোৎথোক মপান লৈবাকশিংদা য়োম্থোকপদা বৃটেনগা আমেবিকাগা নিংঙাই শংদানবা অদুম্না শোভিয়েৎকা অতৈ লৈবাকশিংগা তৌনবা লৈতে। অদুগা খেননবদি খোংবানগা সমুদ্রগুমই মখোয়গী অনিংবা-অপাম্বসু ওম্থোক্না থাপ্লখ্রে অদুগা অমনা অমবু চিংনবদি লাঞ্জাওদা মীচং ওইমিন্নরবা ফাওবদা লোৎশিন্দুনা থমনৈ। য়ানদবনা হেঞ্জিলকলবদি ঐগী অমা অদুগা বৃটিশগা মীচং খোমনৈ, লোয়ননা ইউঃ এসঃ এসঃ আরগী মনুংচনবা জাত্তিশিং লুপকী মায়োক্তা, অমনা অমবু শৌগৎনবা হোৎনৈ।

দৃশ অসিগী করম্বা মফমদা, এশিয়া অমসুং আফ্রিকাদা লৈবা মী কোর্টি চামা চামনা চংশিল্লকপগে ? মখোয়দি মশাবু অমদি মখোয়গী পম্বুংফমবু জ্ঞান তানা খংবা হেনগৎলকলি অদুদসু নত্তনা পৃথিবীগী ওইববুসু খংই। মখোয় অয়াম্বনা পৃথিবীদা থোকইবা থৌদোকপু য়াওনিংবা অমা য়াওনা তুং ইল্লি। মখোয়গীদমক্তদি, তশেংনমক (মখোয়গী) খোংজং অমদি থৌদোক্কী চাংয়েংদি অসিনিঃ— ঐখোয়না নিংতম্মবা হোৎনবদা মখোয়না মতেং পাংব্রা ? লৈবাক অমনা অতোপ্পা লৈবাক অমবু খুদুম চনবদু মখোয়না কোকহনব্রা ? জাত্তি অমদা য়াওবিবা কাংলুপশিং অমদি জাত্তিশিংবু মান্নবা খুন্নাই অমদা পুরকপ্রা নত্রগা খুদোংচাবা চপমান্নবা ফংহনব্রা ? অতৈগা খুৎশম্নবা, ঐখোয়না পামজবা মতুং ইন্না, নিংতম্না, ঐখোয়না পুন্সি লেঞ্জবা ঙমহনব্রা ? অথুবা মতমগী মনুংদা, লাইববা কোকহন্নবা, লাইরিক হৈতবা লৈহন্দনবা, অমদি হেন্না ফবা য়ুম্বান কৈবান পুবক্রুবা ৱাশকপদু ঙাকপ্রা ? মখোয়দি মজাত্তিবু নুংশি, অসুম্না মজাত্তি নুংশিজবনা অতোপ্পা জাত্তিবু লাকথুবা অমদি ওৎ-নৈনবা খল্লুবা তৌরুবা লৈতে। পৃথিবী পুম্বা নুংশিনা খুৎশম্নদুনা চৎমিন্ননবা, জাত্তি পুন্নমক্কী ওইবা তংতাবা পুরক্রুবা হোৎনবা পুম্ববু মখোয়না তরাম্না ওকই, অদুম্মদি ওইরগা, মমাংঙৈদা অমনা অমবু লাকহক্তুনা মখা পোলহনবদু অমুক হন্না চথরকনবা থৌশিন ওইবক্তবা য়াই হায়বসিগী মতাংদা মখোয়দা চম্মনহনবা অমদি চিংনবা পোকহল্লি। এশিয়া অমসুং আফ্রিকাগী অয়াম্বা শরুক্তি জ্ঞান তারক্রুবা, নিংবা থুংজদ্রবা, ঙৌনা থমলবা কাংবুনি; অসুম তৌনা হিংদুনা লৈবসি কুইনা খাংদুনা লৈবা ঙম্নক্রুবনি। এশিয়াগী

তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংদদি হায়রিবা ফীবম অমসুং প্রোব্লেম অসি থিনা খেৎনৈ ; অদুগা চীনা অমসুং ভারতকী পাকচাওপ্রবা লম শিনবা থুংনা, খা-নোংচুপ এশিয়া, নোংচুপ এশিয়া অমদি আরব ব্রারন্ত পুম্নদদি, চপ মান্নবা ব্রাখলগী ইচেন অমা চেল্লি লোয়নননা পুম্নমক অসিবু অমতা ওইনা পুনশিনহনবা ওন্না উবা ফংদবা মরী অমদি লৈরি।

চহি লিশিং অমা নত্রগা অমদগী খরা হেনবরোম অসি ইউরোপ মান্না হন্থবা ফীবমদা লৈরমই লোয়নননা মতমপুম্বদা অতৈ লৈবাক্না মশক খংদবা চহিনা মরোন নাইনা কুপলমই; মতম অদুদা চাওখৎপদা খুমাং চাওশিল্লবা মীনা এশিয়াদা লৈরমই। লংলবা ফাওরবা কলচরগী মতম অমদি যুগ কয়ানা মফম অদু লৈতেংখি; সৈভতাগী ময়াই ওইবা মফম কয়া চোংথোরকখি লোয়নননা খুৎকন পাঙ্গলবা কয়ামসু থোরকখি। অদুগা ইউরোপনা মকোক হায়গৎলকপদি চহি ৫০০ রোমদা মঙাইরি; মতুংদা তপ্পা তপ্পা নোংপোক-নোংচুপ রোমদা খরা খরা শন্দোরকপনা মমৈথংদা মতমগী মতুংইন্না, খুৎকন-পাঙ্গলবদা, ইনাকখুনবদা অমদি কলচরদা পৃথিবীগী পুম্নবু লাকশিনবা ওন্না মহাদেশ অমা ওইখি। অসিগুম্বা অহোংবা অসি কোইনা কোইনা অসুম লৈদুনা লৈরা ; কোইনা লৈরিবা খোংজেলগী মাইকৈ অদু হল্লক্কুনা ওন্ন-তৈননা অমুক লৈরক্কব্রা ? অশেংবমকনি; ইউরোপতা লৈবা মীগী চাদা-নৌদা নত্তবা, থাপ্পা নোংচুপ মাইকৈদা লৈপ্লবা আমেরিকা অমদি নোংপোকথংবা ইউরোপতা পাঙ্গল অমদি শক্তি চংপ্রে। অদুগা নোংপোক হারমদা লৈবা লৈবাকশিং অমদি সাইবেরিয়াদসু অঙকপা ফংনা চাওখৎপ্রে, মতম অমদা, অদুনা নোংপোক হাবমদা লৈবা লৈবাকশিংদদি চাওখৎপগী অহোংবদু মমুন ফাপ্রে। মতুংদা, চাওখৎনরিবা অসিগী অথোই-অহেন তান্নবা চাংয়েং অমা লাক্কদৌবিব্রা নত্রগা নোংপোক অমসুং নোংচুপ অনিগী মরক্তা চপ মান্ননা তেম্নবা অমা পুরক্কদৌরিব্রা ?

তুংদা থোবকপা অশেংবনা মদুগী অচুম-অরান লেপ্পগনি; অসুক লাপপ্রবা মতমগীদমক মাংজৌননা খন্নরুবগী মথৌ তাদে। হৌজিক্কীদমক্তদি ঙসি পুরিবা কোকথোং অসি ঐখোয়না অসুম পুখিবা তাবনি লোয়নননা ঐখোয়না তারিবা (অব্রাবসি) খুদোংথিবা অব্রাবা প্রোব্লেমশিং অসি মাইয়োং য়াবা তাবনি। ভারত্তা অমদি অতৈ লৈবাক কয়াদা থেংনবিবা প্রোব্লেমশিং অসিগী মকমদা, ১৯ শুবা শক্কবিদা ইউরোপ্তা চৎনরিবা মওংগী ডিমোক্রেসিবু চুম্নতা শাগৎপদ নত্তনা খম থেংলবা সমাজগী অহোংবা কয়ামসু পুরক্কবা অশেংবা থৌরম কয়া অমা মকমথুপ্পা লৈরি। হায়বিবা শোয়দ্রবা অহোংবা অদুগী মনুংদা ডিমোক্রেসি মশামক চংশিন্দুনা য়াওপ্রবনি; মরমসিনা হায়বিবা অসিবু য়ানিংদবা কাংবুশিং অদুগী মরক্তা ডিমোক্রেসি চৎহনবগী ওইথোকপদুবু চিংনবি অমদি য়ানিংদ্রি মসি ফেসিজমগী (নিপা অমতনা লৈঙাকপা) ব্রাখল চেনবা অমদি নিংথৌ লৈথহন্নিবগী অপাম্না লৈবননি। হৌজিকমক ভারত্তা ওইবিবা প্রোব্লেমশিং — কাংলুপ ফুরুপকী মিকানবা, মীশিং য়ানজনবগী প্রোব্লেম, ভারত্তা পানবা নিংথৌমচাশিংগী ব্রাফম, তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপশিংগী মশা মশাগী ওইনা পামজবা, বৃটিশ অঙশ্বশিংগী মরাতাপ্রবা ব্রাখল অমসুং ভারত্তা লৈরিবা ইণ্ডষ্ট্রি — পুম্নমকশিনা, খনবা মথৈ খল্লগা, মশা মশাগী ওইজবা ব্রাখলদা ইরাক্কদুনা সমাজগী অফবা অহোংবা পুরক্কদবা অসিগী মায়োক্তা লৈ। চপচানা চৎপা ডিমোক্রেসিতনা (সমাজগী ফনবা) অসিগুম্বা অহোংবা পুক্কদবনি; অদুবু ডিমোক্রেসি চৎনহনববু যানিংদ্রি লোয়নননা ভারতকী তোপ-তোপ্পা ফীবম অসিদা ডিমোক্রেসি চৎহনবদি চান্নরোই-চুশিন্নবোই হায়না খন্নরি। মরমসিনা অতৈ লৈবাকশিংদগী পুমতোন তোঙানবনা, ভারতকী ওইবিবা খেননবশিং অসিনা মবম ওইদুনা, ভাবতকী প্রোব্লেম অসি, লাঞ্জাওতনা ব্রাতেমবা, চীনা নত্রগা স্পেন নত্রগা ইউরোপতা লৈবা লৈবাক কয়া অমদি অতৈ লৈবাকশিংগী প্রোব্লেমগা, মরুওইবা মরম কয়াদা অক্কা ওইনা তৌই। মফম পুম্নমক্তা, মমাংঙৈদা, মীওইবা জাতিশিংগী পাঙ্গল শক্তি চপ মান্ননা লৈনবম্নদু মথক মখা ওম্বোকপ্রে; অমুক হন্না চপ মান্ননা তেমদ্রিবমথৈদি অমগা অমগা মুক্রবা খুদোংথিবা, অমদি খৎন-চৈনবা অসুম থোকখিবগনি । শোসিয়েলিস ডিমোক্রেসিগা করম্না পুনশিনবা, মীখুদিংগী নিংতম্না মথৌ করম্না লৈনহনবা সমাজ পুম্নবু ময়াইওইবা মফম'মদুগী লাকশিন্নবা, প্রজাপুম্বগী ফীবম ফনবা ভারত জাতিগী অমদি পৃথিবীগী ওইনা থবক পায়খৎপা — অসিনচিংবা পায়খৎনবা, হৌজিক ওইরিবা প্রোব্লেমসিদগী ঐখোয়গী মতমগা চুনবা ময়ামগী ওইবা অপুনবা অমা পুরক্কবা ঐখোয়না লময়ানবা।

# তরাশুবা পন্দুপ

# তরাহুমদোইশুবা তাংকক

# নিংতম্বা অমদি (ঐখোয়গী) লৈবাক

ইউঃ এসঃ এঃ গা সোভিয়েৎ ইউনিয়নগা অনিনা, তুংদা, মরুওইবা শকক য়ানবা মবাইবক্তা তমপ্রবগুম তৌই। খুমাং চাওশিন্না চাওখৎলবা লৈবাক অনিনা খেননবা অদুক লৈবাক অনি অসি অমগা অমগা খেননৈ অদুদসু নত্তনা মখোয়না তৌবা অবানবা অদুসু মাইকৈ মবম তিন্নদে। অশেংবা বাজনিতিগী ওইবা ডিমোক্রেসিগী ফত্তবা পুম্নমক ইউঃ এসঃ এঃ দা উবা ফংই অদুগা বাজনিতিগী ওইবা ডিমোক্রেসি চত্তবগী ফত্তবমখেনা উইঃ এসঃ এসঃ আরঃ দা উই। অদুম্নদি ওইবগা, তৌথোবকপদা অপনবা লৈদুনা চত্থবকপা, মপান নাইদবা পোংচংগী পোৎথোক লৈবা, সমাজগী নিংতম্বা, ময়াইওইবা যুগকী যুম্ফম য়াওদবা, বিজ্ঞান অমদি বিজ্ঞান চলাইবদা (বিজ্ঞান্না থবক্কী লমদা শীজিন্নবদা) পাকশন্না লাইবিক হৈহনবা অমদি মীপুম খুদিংগী খুদোংচাবা পীবা — অসিগুম্বা মান্নবা কয়া মখোয়গী (মখোয় অনিগী) লৈনৈ। আমেরিকাদা লৈবা মীশিংগী অয়াম্বা য়ান্না থিনা অমতা অমগগী খেৎনবফাওবদা, অতৈ লৈবাক্তা তৌবগুম্না তোঙান তোঙানবা কাংলুপ নাইনদে, মীপুম্নমক চপমান্নবগী রাখল চৈন্নে। কশিয়াদা, চহি কুনগী মনুংদা তোমথিন ওইনা থোকপা থৌদোক্তি মীপুম্নমক্কী ওইনা লাইবিক লাইশু হৈগৎলকপা অমদি কলচব চাওখৎলকপনি। অসুম্না, লৈবাক অনিদা, চাওখৎলবা ডিমোক্রেটিক সোসাইটিগী মকওইবা যুম্ফম লৈ; অসিগুম্বা সোসাইটি অসি, অপংবা জ্ঞান লৈতবা মীশিংগী মথক্তা রায়েন্নবা হৈ-শিংবা থবদং খনবনা যুম্ফম ওইবা য়াদে। অদুগা অসুম্ন খনবা মী অমতং অসিনা লাইবিক লাইশু হৈববা চৎনবোন-মনাৎ নিংথিনা খংলবা মীয়ামগী মথক্তা রায়েনবদি তুং কোইদে।

চহি চামগী মমাংদা, মতমদুগী আমেরিকাগী মতাংদা খন্নবদা ডিঃ টোকগুইভিল্লানা, হায়বমইঃ— "অমাবোমদা ডিমোক্রেসিগী ওইবা নিতি নিয়ম্না মীওইববু, মশাগী কান্নবা, বিজ্ঞান লৈনহন্দ্রবদি, মাইকৈ অমবোমদা বিজ্ঞান লৈনবিবা মীগী মশীং ঙমইবমখে হেনগৎহনগদবনি -- -------। মতম পুম্বদা যুমলৈ কৈবৈ মান্দবা লৈবনা, মমিশামি ওইনা অচুম্ববু মহৈচোদনা খন্নহনবদা অমদি ভাবনা শাজিন শাজিন খলহলবদা মীওইববু হৈনহল্লি অদুগা ডিমোক্রেসিগী ওইবা নিতি নিয়ম অমদি সমাজগী যুম্বান কৈবান্না, বিজ্ঞানগী অথুবা কান্নবা থবক্কী ওইবা মহৈ ফংহন্নবা মীওইববু লমজিংই। হায়বিবা অসিমক মহৌশাগী ওইবা শোয়দ্রবা রাফমনি।" মতমদুদুগী হৌদনা আমেরিকাদা অওনবা লাকপা হৌখি, চাওখৎলকখি অমদি জাতি কয়াগী লৈফম ওইখি, অদুমনদি ওইরগা মশাগী মক ওইবা স্বভাবতি কন্নাদনা লৈবমই।

অদুম্নদি ওইবগা, এশিয়া অমসুং ইউরোপপু ওৎ-নৈখিবা মদুমক্না মখোয়গী আমেরিকা অমসুং রসিয়াগী পাঙ্গল মশেন ফাহনখিবা লোয়ননা (জাতি মশেন) য়েংথিনহনখিবা, হৌপ্রবা মতমগী ওইবা হক্কবা পোৎলুম পুদবা অসিনা আমেরিকা অমদি রশিয়াদা লৈবা মীগী মান্নববা সভাবনি। ঐখোয় অমতনা ঙমদবগুম্না, মীবোন অসিগী অকীবগী মশক ওইববা থৌদাং পোৎলুম অদুদগী মখোয়না, তশেংনমক, লৈথোকনাম্বোকপা ঙমদে। অদুগা অতৈ জাতিগীগুম্না, হৌপ্রবা মবমগী শেংলবা শক্তম মখোয়গীসু লৈ লোযননা তুংদা মতুং তানা চত্থবকপদা মখোয়গী খুবৌচেনবা লৈতে।

মসিনা মবম ওইদুনা, মপুংমবৈ ফারবা নিংথৌপানবা জাতিশিংগা অতৈ জাতিশিংগা, অনিগী মবক্তা মরী থম্বদা মতম পুম্বদা চংদ্রবা য়াদ্রবা, মখোয মশেন থাজনবগী রাফমদু, খংহন্দনা ক্লমদুনা থম্নগা মখোয়না অতৈগা নকশিন্নবা হোৎনৈ। হৌপ্রবা মখোয়গী থবক্তা, দাগী লৈতবা নত্তে, অমোৎপা পক্তবা নত্তে লোয়ননা চিংনবা পোক্ততবা নত্তে। নেগ্রোগী পোব্লেম কয়া আমেরিকাদা লৈবি, প্রোব্লেমশিং অদুনা, ডিমোক্রেসি অমদি প্রজা পুম্ববু মান্নবা থাক্তা অর্থ থৌদাংবু অতৎ-অখম লৈতনা নিন্দা তৌবি। মমাংঙৈদা, নোংপোক-থংবা ইউরোপতা তাথিনরম্বা রাখল অদু রশিয়াদা কাওহন্নবা হোৎনবি অদুবু হৌজিক শোকনবিবা লাঞ্জাওনা রশিয়াদা অমুকসু মোৎশিনহল্লি। অতৈ লৈবাকশিংগা, আমেরিকাদি মকপ লায়না শানবি। রসিয়াদদি কাংলুপু খায়বসি তশেংনমক য়ানিংদে।

ইউরোপ্তা লৈবা জাতি অমাম্বদি, মখোয় মশেন তুক্কচনবা, হৌগ্রবা মতমদা খংনথিবগী মলোম অমদি অচুম্ববু তুংওইনবা ব্রাখলনা থল্লি। মসিদা অমুকসু, মখুত্তা শক্তি পায়শিনবা মীওই অমদি নিংথৌনা, মখোয়না শাসন তৌরিবা প্রজাশিংনা মখোয়বু য়ৌনা নুংশিদনবা লায়থেক অমুকসু হাপচিল্লি। মখুৎনা শক্তি পায়শিনবা নিংথৌ ওইবগী শাসন, ইংলণ্ডনা মতম শাংনা তৌরকপগী রেকোর্ড লৈবনা, মখোয়না পুরিবা পোৎলুম খ্বাইদগী হেয়া লুমলবনি। মসিনা মরম ওইদুনা নত্রগা জাতি বিজাতি খায়বগী স্বভাবনা মরম ওইদুনা ইংলণ্ডদা লৈবা মীনা মখোয়তবু মী ওইনা খল্লি, পুম্নমক্তগী মখোয়না মখোয়তবু তোঙান্না উজে, মদুনা মখোয়না অতৈ জাতিগা মরুপ শান্নবদা লায়না থোক্তে। মখোয়গী জাতিগী ওইবা পুকচেন চাওবা নিংখাতম্বা অমদি কলচরবু ঙাক্না চংকুম-চত্তবগুম তৌবা, ধর্ম্ম লৈশিন্নবগী তৌশিন্নবা ব্রাখলগা ঐ-মক ঙাইরে হায়না থোয়চংনবা ব্রাখলগা ব্রাখল অনিসিগা মতমপুম্বদা পুনশিনবা ব্রাখল খল্লবা, মখোয়গী মহুৎ মরেং শিল্লনা মপানা লৈবাকশিংদা লৈবা অফিসারশিং ফাওবনা মখোয়বু (ইংলণ্ডদা লৈবা জাতিবু) শেরান্না খল্লি। অতৈবু তুক্কচবা মিংয়েংনা য়েংদুনা য়েংথিবা পোকহনবা, হৈ-শিং শাবদা মখোয়মঙাইরে খঞ্জবা তোপ-তোপ্পা লমচৎ-শাজৎ, অফিসরিশিং অসিগী লৈ। থা খরগী মমাংদা ভারত, ভারত সরকাবগী সেক্রেটরি অমনা অফিসিয়েল ওইবা চিঠি অমা, (জেন্দা লৈবা) মিষ্টর গান্ধিদা ইরকই, মদুমক তুক্কচনা মরান শিরকপগী খুদম অমনি, অদুগা মদুমক খংনা খংনা লান্না, ভারত্তা লৈবা ভারত মচাশিংবু তুক্কচনা চৈরকপনি হায়না মীয়ান্না লৌনি। অদুগা গান্ধিদি ভারতপু মহুৎশিনবা নিপা অমনি।

মী অমনা মখুত্তা শক্তি পার্যশিনবা নিংথৌপানবগী যুগ নত্রগা পৃথিবীদা লৈবা জাতিশিংনা পুকচেন খোয়জেন তিন্ননা লৈবগী মতম নত্রগা পৃথিবীগী ওইবা কমনলরেল্ট (পৃথিবীপুম্বদা নিংতম্বা নুংঙাই য়াইফনা লৈমীন্নবা) --হায়রিবশিং অসিগী মনুংদা করম্বনা তুংদা লৈহৌগদৌবিবনো ? খল ওনবদা, অহানবদা হায়রিবা অসিনা লুম্না উই লোয়ননা থায়নগী ওইবা মরৈনা তত্তনা য়েৎলি অদুম্নদি ওইরগা আইনগী ওইবা পুকচেন শেংবা অচুম্বা অদুদি য়াওদ্রে। মীওইবগী মপোক্তা নুংঙাই য়াইফাবগী যুম্ফম ওইনা মীওইবগী লমচৎ শাজৎ ফজবা অমদি মশাগী ওইজবা থাদোকপবু তান্নবি ; নিংথৌশিংনা ফত্তবা অপাম্বা পাংথোক্লবগীদমক মীওইবগী অফবা গুণ অমদি পুকচেন চানববু মাংহন্নবা ওৎলি, লোয়ননা কীহনবা, হঙ্গোইহনবা অমদি মীওইবনা অরানবা মওংগী চাওজনিংবগী খুদোংচাবদু লৌরি। মমাংঙৈগী মতমদদি সম্রাজগী মরমদা মখোয়না কা হেন্না চমথোক্লমই। এথেন্স সম্রাজগী মবমদা ব্রা ঙাংবদা থুসিডিডসনা ইরমইঃ ঐখোয়গী সম্রাজগী অচুমবা তাবনদা ঐখোয়না হৈ-শিংবা য়াদে, মদুমক্তা, কানগী মতেং লৌদনা বার্বারিয়ানশিংবু (চাওখত্তবা তমথীবা জাতিবু) মাইথিবা পীরমই, অদুগা অমরোমদা সভ্যতা পুরক্লবা অমদি ঐখোয়গী ইরুম থুপ্তুনা লৈবা কাংবুগীদমক ঐখোয়গী পুন্সিদা অব্রাবা কয়া খাংলমই। মখোয়বু নির্থিনা ঙাকশেনবগীদমক মীওইবদা তৌবগুম্না ষ্টেটশিংবু মরানশিবা য়াদে। ঐখোয়না হৌজিকত সিসিলিদা লৈরিবা অসি ঐখোয়গী শোয়দ-ঙামদনবগীদমক্তনি। ----- গ্রীক্তা ঐখোয়গী সম্রাজবু নমদুনা থাদোকহন্দবসু কীনিংঙাই ওই; সিসিলিদনা খরা ফগদ্রা হায়দুনা ঐখোয়গী মরুপমপাংগী মতেংনা মফমদুদা ঐখোয়বু তানবসু কীনিংঙাই ওই।" অদুগা অমুক এথেনগী লোয়লমশিংনা কাবকপা লোয়পোৎগী মতাংদা মহাক্না পল্লগসুঃ "মদুমক লৌশিনবসু পাপকীমশক ওইবা য়াই অদুগা থাদোক্লগসু তশেংনমক অপংবা তাবা য়াই।"

ডিমোক্রেসিগা নিংথৌরেন অমগী সম্রাজগী অনি তাইওন্নবা, ডিমোক্রিসি চংপা ষ্টেটনা মাগী মখাপোনবা নত্রগা মাঙোন্দা শাইদাংজবা ষ্টেটপু ওৎ-নৈবিবা, অমদি নিংথৌবেনগী সম্রাজনা থুনা শোম্বরকপা অমদি মুৎপা-অসিনচিংবা পাওতাক্না এথেন্সকী ব্রারী অসি পিক-থল্লি। থুসিডিডসনা তৌবগুম্না, নিংতম্ববু অমদি সম্রাজবু শৌগৎপা কনা অমত্তনা মাগী মাগী মরমবু অসুক নিংথিনা ব্রাঙাং হৈনা, ঙসি, ঙাংবা ঙমদে। "ঐখোয়না সভ্যতাগী লুচিংবনি, মীওইবা জাতিগী লমজিংবনি । ঐখোয়গী সম্রাজ অমদি সমাজগী মরুক্তা লৈনবিবা মরী অসি, মীওইবনা ফংনরিবা অসিদগী খ্বাইদগী হেনবা নুংঙাইবা থাগৎনঙাই ওইবনি। ঐখোয়গী খুৎ চন্না লৈবদি খুদোংচাবা ফংবা নত্তনা ইথাপোনবা নপচা-তাংজবা নত্তে। ঐখোয়না ফংহল্লিবা শেছুম নুংঙাইবসি নোংপোক হারমদা লৈবা লৈবাকশিংদা লৈবা লছুম পুম্নমক্না শিংবা ঙম্বা নত্তে। ঐখোয় তম্না চেনশিনল্লকপা শেছুম অমদি উপায় শিজিন্নদুনা ঐখোয়না পুক্রিং নুংঙাইনা থবক তৌবা ঙমই, মসিমসু থাজৌ মদুদি মখোয়না ফনা হোৎনদুনসু ঐখোয়দনা শেন পুথোকপা মহাজন ওইদুনা অদুম লৈবা তাবনি। হোৎনবগী মপান্না, অরা-অনা

খাংবনা, লানফম কয়াদা, খ্বাইনা ফংনদবা নুংঙাই য়াইফবা ফংনবা অথুপ্পা জ্ঞান ওইরবা মীওইবগী শক্তিগী অথুপ্পা লম্বেলদু ঐখোয়দি ফংলবনি। তোঙান তোঙানবা মমিং থোন্দুনা মসিবু মীওইবশিংনা ভাবনা পংখল খল্লি; মদু খংনবা লোয়ননা ঐখোয়গী সহরদা মদুবু খুৎলোয়ননা শীজিন্নবা ঐখোয়দি মদুগী জ্ঞান ফংলবনি। ঐখোয়না ফংইবা মদুগী মমিংদি নিংতম্বা কৌই; মরমদুনা নিংতম্বা (কন্নাগীসু চিনখা থাদনা) থবক তৌগদবনি হায়বদু মসিনা ঐখোয়দা তম্বী। ইশাগী ওইজবনা পোনথা ওইবা তৌদবা, নিংতম্ববু অকিবা লৈতনা থাজবনা, মসিগী মপানতনা, মীওইবগী মরক্তা ঐখোয়তনা ঐখোয়গী কয়বা কয়া ফংইবনো হায়বদু নখোয়না ওক্তরা ?

মফম খরদা অথিংবা লৈবা নত্তনা নিংতম্বা অমদি ডিমোক্রেসিবু অসুক লাওনা লাওনরক্লবা মতম অসিদা অপাম্বনা ইপোম নাইনা কোইনা কোইনা শিনবা থুংনা শন্দোরকলি। মসিনা অচুম্বা য়াওবনি অদুবু অচুম্বা অদুবুদি য়ানদ্রি। থুসিডিডসকী রাখল অসি মেডিটেনিয়েল সাগরগী (ভুমধ্যাসাগরগী) অকোইবদা লৈবা লৈবাকশিংতগা মরী লৈনবনি; অতৈ লৈরিবা জাতিশিংগী মতাংদদি মহাকনা করিমতা খংদে। মাগী ফাওরবা সহরদা নিংতম্বগীদমক মহাক্না নাপল তৌরি, মীওইবগী শক্তি অমদি অথুপ্পা, রাগুম নিংতম্ববু মহাক্না থাগংলি অদুম্মদি ওইরগা অতৈনা নিংতম্ববু রাংনা থাজংপবুদি মহাকনা খংদে। নিংতম্বা পামলবা এথেন্দা লৈবা মীশিংনা মেলোজবু লুটতৌই লোয়ননা মাংহল্লি, মফমদুদা লৈবা হৌগংলকলিবা নহারোনবু হাৎতোকই, নিপী অঙাংবু মিনাই ওইনা য়োম্বোকই। থুসিডসসনা (এথেন্স) সম্রাজগী অমদি এথেন্সশিংগী নিংতম্বগী মতাংদা ইবা মতমদা, সম্রাজ অদু কাইগ্রে অদুগা হায়রিবা ফ্রিদমসু মাংগ্রে।

নিংতম্বগা লাকথুবা লৈঙাক অমসুং মিনাই ওইবগা অনি পুনশিনবদি মতম শাংনা ওইবা য়ারোই, অমনা নমহৎলি; শুপনম শাসনগী সম্রাজনা লৈখা তাদ্রিঙৈ মতম খরতনি সম্রাজসিনা চাওথোকচবা অমসুং নুংঙাইজবদি। মহৌশাদগী হেন্না হৌজিক্না নিংতম্ববু থাদোকপা য়াদ্রবনি (কনশিল্লক্রবানি)। *পেরিকল্সনা মাগী নুংশিজরবা সহরবু থাগত্তুনা ঙাংখিবা ইখিবা অদুগী মতুং ইকুই কুইদনা এক্রোপোলিস কৌবা গ্রীক্কী সহর-লানবন চীংদুম মথক্তা শাবদু স্পার্টানগী লাম্মী তেঙ্গোলনা খুদুম চনখি লোয়ননা ফজে হায়রিবা সহরদু থুগায়খি। ফজববু মখোয়না পামজবা, জ্ঞান তানশিন্নিংবা, নিংতম্বা পাম্বা অমদি থৌনাফবা অসিনচিংবগী মতাংদা মহাক্না হায়রম্বদুনা হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়গী থম্মোইদা থুক লাওবা পোকহল্লি, হায়রিবা অসি মহাক্কী মতমগী এথেন্সতদা অপান্ননা হায়বতা নত্তনা পৃথিবী পুম্বগীসুনি। "কাহেনবা নত্তবা ফজববু ঐখোয়না পামই, মীপুমশিনা ওইগদবা মী অমনা লৈফম থোকপা জ্ঞান ঐখোয়না তানশিন্নিংই। লম্না অরেম্বদা নাপল তৌনবা হিথোই হিয়াই কানবা মচাক নত্তে ঐখোয়দা, পাংথোক্লিংবা থবক পাংথোক্লবা মচাকনি; চাং তাহনবগীদমক লাইরববু ঐখোয়না খনগদবা নত্তে, পাংথোকিনিংবা তৌনিংবা থবক তৌবদা লাইরবনা তশেংনমক ঐখোদা খুরৌচেলহবতনি। ------ ঐখোয় থৌনা ফসি, নত্তে হন্না হন্না চিম্বক্তা মরৈ য়েৎননবা — লানফমদা থৌনা ফনা চৎপনা কয়াদা ফজহনগ্রবা কয়াদা পুকচেন চাওবগী থবক ওইরিবা — ঐখোয়গী চাওরবা সহরদা লৈবা মীশিংনা থবক চিন্ন বগী দৃশ অদু ঐখোয়গী মাংদা ঐখোয়না নিতিগী উরি, সহরসিবু উবদা মহাকপু নুংশিবা পোক্লি ঐখোয়না, অসুম্ন লেমজনিংঙাই চাওজনিংঙাই ওইরিবা অসিগীদমক লাম্মী ওইনা মথৌনা উৎপা মীশিংদা মহাক্না (সহরনা) লম্মন তোল্লবনি, হায়বসি ঐখোয়না নিংশিংই লোয়ননা মথৌ খংনা মথৌ পাংথোক্লবা জ্ঞান লৈরবা মীশিংদা অমদি মশাগী মগুণ মশানা ঙাক্না মথৌ পাংথোক্লবা অফবা মীশিংদা লম্মন তোল্লবনি — সহরগীদমক (মরৈবাক্কীদমক) মখোয়গী তৌফম থোকপা থবক তৌবদা মরাইবক লৈতদুনা মাইথিরবা মীশিং (লাম্মীশিং),

পেরিকল্স এথেন্সকী অফাওবা ষ্টেটমেন অমনি। বি:সি: ৪৬৯ দা মশাগী চহি ৬০ শুরকপদা মাগী মমান্নবা ইফিয়ালটিসকা লোয়দুনা অহোংবা রিফোম পুরক্তুনা এক্তাপলিসকী নোংচুপ্তা লৈবা এরিওপগস চীং-সহরদগী মরূ হল্লকপা এরিসাটক্রেটিক পবারবু থিংখি। ইফিয়ালটিসনা বিঃ সিঃ ৪৬১ দা লৈখিদ্রবদা পার্টি অদুদা মাগী লম্বা লৈখিদে। কোঞ্জাভেটিভকী লুচিংবা থুসিডিডসপু বিঃ সিঃ ৪৪৩ দা লোয় থাগ্রবা মতুংদদি মাগী লম্বা কনামতা লৈতনা, খ্বাইদগী মকোক থোংনা, বিঃ সিঃ ৪২৯ দা শিদ্রিবা ফাললবা হায়না হুম্না লৈরমই। মহাক্না এথেন্সপু মনিং তমহনখি গ্রীসিয়ান ওরারলদা ইহান হানবা নিংতম্বা লৈবাক ওইহনখি। পেরিকল্সকী মতমদু গ্রীক্কী ইতিহাসতা খ্বাইদগী মমিংচৎপা লংলবা মতমনি।

হেক ঙমজবা মখে হোৎনবদা সহরগীদমক (মরৈবাক্কীদমক) মথব়াই দান তৌগ্রবা মীশিং (লাম্নীশিং) অদুদসু লম্মন তোল্লবনি। মীয়ামগী নুংঙাই য়াইফবা পুরক্লবা মখোয়না থব়াই-হকচাং কৎথোক্লি, মখোয় খুদিংবু নিংশিংনবা মখোয়না ফংলি কদৌঙেদসু মুৎলরোইদবা মখোয়বু থাগৎপা ব়াহৈ; থাগৎ ব়াহৈগা লোয়ননা মখোয়না ফংই মোংফমশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী পুক্লিংছরবা মোংফম, মোংফম অদু শিবা নায়বা শরু-পোলাংবু-ফুম্বা মোংফম নত্তে মীওইবা জাতিগী থম্মোইনুংদা লৈগ্রবা য়ুম্ফমনি, থোকখিবা থৌদোক্কি মতমনা ওন্না ওন্না মথং মথং লাকপদা অসিগুম্বা য়ুম্ফমদগী থোরকপা ব়াহৈনা থবক্লা ইনৌত নৌবা মখোয়গী মগুণ তত্তনা ফোংদোকলি। পৃথিবী পুম্বসি অফাওবা মীশিংগী মোংফমনি, মানা মানা লৈবা লমদা লৈবা মোংফমদা থুংলিবা নুংপাকথক্তদা ইবদ নত্তে মখোয়গী ব়ারী, লাপ্পা লৈগ্রবা, মীশক লাকঙমদ্রবা, চহি য়ুগ কয়াদা মরীতত্তনা পোক্লকদৌরিবা মীওইবগী হকচাং শাবদা ইথ্রবনি মখোয়গী ব়ারী। নখোয়সু, হৌজিক, মখোয়না তৌরম্বদুগী খুদুং লিবা তাই, নিংশিং নিংশিংনা নপুক্লিংদা – নুংঙাইবা ফংনবা অথুপ্পা পাম্বেদি নিংতম্বনি, নিংতম্বা ফংনবা অথুপ্পা লম্বীদি থম্মোই চাওবনি (মথৌনা ফাবনি), য়েক্লবগা মাইয়োক্লবদা তান্দুনা নাথৈরোইদবনি।*

* থুসিডিডসকী কোটসন অসি ১৯২৪ দা ফোংলা আলফ্রেড জির্মননা ইবা "গ্রীক কম্মনয়েল্থ" তগী লৌথোকপনি

# তরাশুবা পন্দুপ

## তরামরিশুবা তাংকক

## মীকোক -মী'শীংগী ব্রাফম

## :পাকপগী চাং হন্থবা অমদি জাতি ময়েং তাবা

চহি মঙাচুপ্পা শোক্লবা লাঞ্জাওনা অঙকপা ফংনা অহোংবা পুবকলম্মী অমদি ইতিহাসকী হৌখ্রবা কবিগুম্বা মতম অমদা খোককিবা অদুদগী যাম্না থিনা হেনবা চাংদা মীংশিংগী অহোংবা পুবক্লম্মী। চীনা, রসিয়া, পোলণ্ড, অমসুং জর্ম্মনদনা খর্বাখৎ হেন্না লাঞ্জাওদা শিখিবা মী (লান্মী) কোটি কোটি বোমদুতা নত্তনা হাযবিবা লৈবাকশিং অদুদা অমদি অতৈ লৈবাকশিংদা প্রজা কযা'মস্ লৈখিদে। কযা'মনা সিফাই লান্মী ওইনা চংখি, কযা'মনা বেগাবী (লানগী পোৎপুবা) ওইনা চংখি, কযা'মনা মযুম মকৈ লৈবাক থাদোক্লুনা চেন্নখি। অদুগা মীচেন কাংলুপ কাংলুপ্পা লান্দাবকইবা সিফাই লান্মীগী মাং থানবা চেন্নখি। নাজিগী পোলিসনা মবম ওইদুনা লাঞ্জাও থোক্লিহৈ মমাংদা ফাওবা, লাঞ্জেনবগী প্রোব্লেম অদু মীশিং লাকণ্ডমদবমখৈ, চাং হেনগৎখি। লাঞ্জাও কনাখৎলকপগা চাংদম্লকবর্বদি হাযবিবশিংসি অর্থ কবিমতা থোক্তে। লাঞ্জাওনা ওইল্লকপা ফল অদুদি লাইবদুনা নাম্পশিংনা তকখৎলকইবা মখোযনা লেপ্লববা মীশিং হন্থহন্নবগী পোলিসি অদুমক্লা ইউবোপ্পা হাযনিংঙাই লৈতনা অহোংবা পুবকখি। জিউ কোটি কযামবম কাবিসু নত্তবদা মখোযনা হাৎখি অদুদসু নত্তনা মখোযনা মখুৎচন্নবা লৈবাকশিংদা লৈজবা মীগী মশীং থুগাযবম্মী। সোভিয়েৎ ইউনিযন্দা লৈবা মী কোটি কযামকমদা উবর্লচাংগী বাংমদা নোংপোকপাংনা লাঞ্জেন্দুনা লৌশিং উদুনা লৌনা খুন্দাখি, মখোয অদু মফমদুদা অদুম খুন্দাগ্লবগুম তৌই। চানাদা ইমুং মৎনা হাৎখিবা মী চাওবাক্লা কোটি যাংখিবোম ওইগনি।

তৌগদৌবিবা থবক্লা অঙকপা ওইথোক্তবা বাখলগী মনুংদা অমা ওইববসু, লাঞ্জাও লোযববা মতমদা চি তৌবদা হিংবৌবে নত্রগা চেনখিবা মীশিংবু মাগী মাগী মবৈবাক্তা হান্নগী মতৌগুম খুদোং চাবা পুন্না পীদুনা অম্লুক হঞ্জিনহন্নবা হোৎনবা তাবনি। কযাম'মনা মাগী মাগী মবৈবাক্তা মযুমদা হঞ্জিল্লক্কনি কাংবু খবনা লৌনা মখোযনা খুন্দাকবা মফমদা অদুম লৈনিংনমবা যাই। অমবোমদা, মসিমসু ওইবা যাই মদুদি ইউবোপ্পা বাজনিতিগী অহোংবা অমা লাকপনা মীশিং হোংদোক হেংজিন তৌবা অমদি তাম্লোক্লুনা মীশিং হন্থহল্লবা যাই।

যাম্না কৃপথনা অর্মাদ যাম্না শাংথনা খল্লবদা অহোংবা লাকল্লিবা অসি মীওইবা অর্মাদ শা ঙা পুন্নমর্কক্লানি মসিনা পৃথিবীদা লৈবিবা (মী শা ঙা) পুন্নমকর্কী মশীংদা অথুবা অহোংবা পুবকই। ইউবোপ্পা মকওইনা অৱাংনোংচুপ থংবা অমদি মযাই ওইবা ইউবোপ্পা মীশিং থুনা হেনগৎলকপনা ইণ্ডষ্ট্রিগী অওনবা অমদি মতমগী ওইনা খুৎ-শা হৈবা শন্দোবকই। অসুম্না খুৎ শা হৈবনা নোংপোকলোমদা সোভিযেৎ ইউনিয়ন যৌনা, অনৌবা শেম্লুমগী ফীবম অতৈ মচাক কযানা তেংবাংদুনা শন্দোকলকপনা, হার্যাববা লমদমশিং অসিদা, শেংনা উবা ঙম্না মী শীং হেনগৎলকখি। লাইবিক লাইশু হৈবা, লু লানবা, মীযামগী হকচাং হেন্না ফহনবগা লোযননা নোংপোক পাংনা খুৎশা হৈবগী থবক শন্দোবকখি মসুম্না এশিযাদা লৈবা লৈবাক পুন্নমক শিনবা থুংনা যৌবকখি। ভাবতকুম্বা লৈবাক খবদা মীশিং যাম্না লৈবা দবকাব ওইবগী মন্থত্তা মীশিং যাম্না য়ামদবনা থোইনা হেন্না ফবমগনি।

মতমসিদা, মীশিংগা মতাংদা, ওন্নতৈনবা মাইকৈদা, নোংচুপ থংবা ইউবোপনা চংশিল্লকলি অদুবু পোকপগী মশীং হন্থবনা কান্নবদী হেনগৎলকখি।

অসুম তৌবসিনা পাক্লা শন্না শন্দোকববকপগুম তৌবি অদুবু চীনা ইণ্ডিয়া, ষাভা অমসুং ইউঃ এইঃ এসঃ আবঃ গুম্বা পৃথিবীদা লৈবা লৈবাক কয়ামকমদদি খ্বাইগা মান্নদবা মওংদা মাসুম তৌবসিনা ৱাহল্লি। খুৎ শা হৈবগী লমদা খুমাং চাওশিন্না

চংশিল্লবা লৈবাকশিংদদি মসি নিংথিনা খংবকলি। চহি কয়াদগী হৌদুনা ফ্রান্সগী মীশিং হেনগৎপা লেপখ্রবনি, হৌজিক মযেং অসুম তানবক্লবনি। হৌখ্রবা কুমগী মবিফুগুবা খৃষ্টাব্দনা হৌবকপদগী হৌনা ইংলণ্ডদা মীশিং খজিক খজিক চাং শাইনা হঙ্বকপা উই; ফ্রান্স নত্তনা ইউবোপ্তা হৌজিক ইংলণ্ডনা খ্বাইদগী মীশিং তাববনি। হিটলাব অমসুং মুসোলিনি মখোয় অনিনা জর্মন অমসুং ইটালিদা পোকপগী মশিং হেনগৎনবা হোৎনবদু মতম খবতগী ওইনদি কান্নবমই। খা অমসুং নোংপোক ইউবোপ্তগী (ইউঃ এসঃ এসঃ আবঃ নত্তনা) অব্রাং, নোংচুপ অমসুং মযাই থংবা ইউবোপ্তনা হেন্না মীশিং হৃনা উনবমই, অসিগুম্বা অতৈ লমদম কযাদসু চপমান্নবা মওংদা উনবমই। হৌজিক ওইনর্বিবা মতুংইগ্না ১৯৫৫ অদুব্রাইর্দদি কসিয়া নত্তবা ইউবোপকী লৈবাক পুম্নমক মীশিংগী চাং হেনগৎপা যাবমখৈ হেনগৎলমই অদুবু মতুংদাদি মশিং তাথবকখি। হঙ্বিবা চাংবু হেনগৎহল্লিবসি লাঞ্জাওদা থোকখিবা অশি আনা অমাং-অতানা কবিসু তৌবা যাদে ওস্থাং ওনশিন তৌবা যানদে।

অমবোমদা সোভিযেৎ ইউনিযনদি যাম্না থুনা মীশিং হেনগৎলর্কলি ১৯৭০ দদি কোটি ২৫০ হেনগৎলকপা যানা লৈবি। লাঞ্জাওগী ফল ওইনা লমগী অহোংবা লাকপনা মবম ওইদুনা হেনগৎপদি নত্তে। মীশিং হেনগৎলকপা অমদি খুৎশা হৈবনচিংবা অতৈ লমদা চাওখৎলকপা অসিনা ইউরোপ অমসুং এশিযাগী মনুংদা বসিয়াবু মকোক ওইবা শক্তি অমা ওইহল্ল। এশিযাদদি পুম্নমক চীনা অমসুং ভাবতকী খুৎশা হৈবনা, চাওখৎলকইবা অসিগী মখা[illegible]। [illegible] লৈবাক অনিসিদা অঙকপা ফংনা মীশিং হেনগৎলকইবা অসিনা হেনগৎলকইবা মীশিং অসিবু নিংথিনা মখৗ পাদুনা কান্নবা লমদা পুবক্ত্রবদি অব্রাবা অমা ওইনলক্কদৌবিবর্বনি লোযননা শোত্তহনগদৌবিবর্বনি। ইউবোপ্তাদ মতম অমদা লোয়[illegible] ওইবগ্নশিংনা নাম শল্লোকপা অমদি অতৈ লৈবাক্তা লান্দাক্কবগী থ[illegible]কাশ অদু পুংলেপ লেপখ্রে। অর্থনীতি অমাদ [illegible] লমদা শিল্লা বা লমদুদা লৈবা মীশিংগী হৈশিংবা অমাদ তৌবা ঙম্না শক্তিনা পৃথিবীদা [illegible]থাকইনা হৌদোক [illegible] অসিবু মকওইবা লমদম ওইহনবাদ হৌজিকস্ যাবি অদুবু মখোযনা অমতা ওইনা পর্নাশন্দ্রবাদ অ[illegible]বা শাও [illegible] [illegible]গী অসম অসুম হঙ্বক্লগনি। মসি ত্য হাযদনসু অ[illegible] [illegible] অমাদ মযাইহ[illegible] ইউবোপনা পৃথিবীগা শা[illegible] [illegible] লম্বা তৌবক্কান হাযবাসি মানাশল্লক্কে। খুৎশা হৈবা নোংমা নোংবগী লেপ্তনা হেনগৎলকইবা মীশিং[illegible] খুৎশা [illegible] অবোনবা হৈশিংবদ পীথোকর্কিবনা মবম ওইদুনা জর্মনাদ মাগা নোংচপ্তা লৌবিবা লৈবাক অতৈগুম্না, পৃথিবীগী [illegible]কোক ওইবা শক্তি অমা ওইবা যাবগী মতমদু লোযখ্রবনি।*

খুৎশা হৈবা অমদি কল কাবখানাগী থবক্লা চাওখৎলকপনা নোংচুপ হাবমদা লৈবা লৈবাক অমদি মীদা শক্তি লৈহল্লমই। শক্তি পুবক্লবা মক অসি জাতি খবগীদ ওইনা লৈগনি হাযবসু যাদে। মবমসিনা বার্ণার্ড অমসুং শেক্সমগা মগাদা পৃথিবীগা অযাম্না লৈবাকশিংবু ইউবোপ্তনা মখুৎচগ্না খুৎথা থানা থম্লদো যাম্না থুনা, শাযদনমক মযেং তাযবক্কান লাযননা আফ্রিকা অমসুং ইউবোসিয়া (ইউরোপ এশিয়া) মতাদেশ শিংসিগা খুর্জ্জি পাযবসু তোক্কক্কান। মাসিনা মকওইবা মবম ওইদুনা হায়গা পবাব পাযনা ইউবোপ্তা লৈবাশিংনা মখোযনা তক ঙম্নমখৈ হোৎনদুনা শান্তি পুবক্লবা, পাথবী পুম্না খুৎকন্নুনা মতে পাংননবা অমাদ লাঞ্জাও থোক্কনবা খল্লগনি অমসুং চথবকগনি। অমাং আতা থোকহন্নবা লান্দাবনা শোযদ্রবদা হাযবিবা ফম এবাসিস্ মাংখিগনি। হৌজিক পৃথিবীগী অকনবা শক্তি পাযবশিং অসিসু, শাও পায়বাগা মবী শুকলৈ লৈত্রবসু মীওইবগা লেচৎ শাজৎকী ফজবা মবম্না পুন্দ্রগদি, অতৈ জাতগা খুৎশম্না চৎমিন্নবা পামদে।

পোকপগী চাং হঙ্বহনবা হাযবা ইবাং অমা পাক্লা শগ্না শক্লোবকইবা অসিগী মবম্না কাবনো ? অঙাং পোক্লনবা হিদাক শীজিন্নবা হেনগৎলকপা চাং অমদা অঙাং মশীং যামদবা পাম্নবকপা অসিনা কান্নবা শবা পুবকপাদ যাই অদুম ওইনমক মদুনা খেননবা কবিমতা পুবক্তে হাযবা চাওবাক্লা উন্নববনি। আবলগু, কেথোলিক চৎপা লৈবাকান, লৈবাক অসিদা অঙাং পোক্লনবা থোযনা হোৎনদে অদুবু মহৌশাদগী হৌনা অতৈ লৈবাক্শীদি লৈবাক অসিদনা হেন্না অঙাং পোকপগী চাং হঙ্বকলি। নোংচুক মাইকৈদা লুহোংবগী চাং হঙ্বনা (লুহোংবা যৈথোকপা হেনবনা) পোকপগী চাং হঙ্বনবা মবমসিগী মনুংদা অমা ওইবা যাই। শেক্সমগী ফীবম্না অচৌবা তেংবাং অমা ওইর্বদি যাই অদুবু মদু মকওইনা খন্নানিংঙাই ওইদে। ইনাক কৈবাক

* রাফম অসি ১৯৪৪ এপ্রিলদা অমেবিকাগী ফোবেন এফিয়াবদা ফ্রেনক দবালন্ট নোটেন্টৈমনা হাপ্পা অর্টিকল “পোপুলেসন এণ্ড পৌরাব ইন পোষ্ট-রাড় ইউবোপ” তা যাওবনি (ইঃ এসঃ কুলিসচাবনা ১৯৪৩ দা ইবা “ডিঃ ডিসপ্রেমমেন্ট ওফ পোপুলেসন ইন ইউবোপ” কী মতেক খবস্ আইঃ এলঃ ও' না ফোংখ্রবনি।

খুনবা ইমুংগী লাইববা ইমুংদনা হেন্না অণ্ডাং য়াম্না পোকই, লৱাইদনা সহবদগী হেন্না অণ্ডাং পোকপগী চাং হেল্লি হায়বসি নিংথিনা খংনববনি। মীশিং যামদবা ইমুংদা নুংঙাই যাইফা লৈবা ঙমই অদুগা মশাতগী চাওখনবা নুংঙাইনবা তৌবনা কাংবুগী অমদি জাতিগী কান্নবা ময়েংতাহল্লি। প্রোফেসর জেঃ বীঃ এসঃ হলডেননা ঐখোয়দা হায় মদুদি চৎনবি নিয়ম অমা ওইনা, চাওখৎলবা সমাজশিংগী মনুংদা খাইনা শিংথানববা তোপ-তোপ্পা সমাজদদি চাওবাক্লা লৈফম থোকপা মীশিংদগী তাথনা লৈ। হায়বিবা সমাজশিং অসিসু চাবোক্কী মতাংদা লেংদনা লৈতে। মীশিং য়াম্না অচৌবা ইমুংশিংদা লৈবশিংদদি অযাম্বা মতমদা (শিংবা ৱাৎলি) জ্ঞান লৈবা ৱাৎলি। শেম্বুমগী মতাংদা মবাং কাইনা, ৱাক্তনা লৈবা অসিসু মীশিং য়াম্না লৈবগী মযোক ওইগল্লি।

মবী লৈনবা মবম কয়া, ওইবা য়াই হায়না, হায়নববসু পোকপগী মশীং হন্থহন্নবা মকওইবা মবমদি কনাসু খংদবগুম তৌই। অদুম ওইনমক মসিমদি ওইবা য়াই মদুদি মী অমদি অতৈ জীব পোকহনবগী বিজ্ঞানগী ওইবা মবম কয়ামুক মসিগী মবমগা মবী লৈনৈ — খুৎশা হৈবা নোম্বা কনবা কাংলুপ্পা লেনবা পুন্সি মবেন কয়া অমদি মখোয়না পানবা য়ুম্বান কৈবান। হকচাংদা কান্নগদবা চিঞ্জাক ৱাৎনা চাবা, য়ুনচিংবা ময়াই কাবা চাবা-থকপা, শিংলি-নাওবি ফত্তবনা হকচাং শোকহনবা ফীবম নত্রগা, ৱাখল নুংঙাইতবা অমদি পাঙ্গল শোম্বনা মবম ওইদুনা হকচাং ফৎহন্দবা অসি পুম্নমক্রসু চাথোক্তা অকাযবা পী। অদুমওইনমক ভাবত্তা তৌবগুম্না লায়না চেনবা চিঞ্জাক ৱাংনা চাবা কাংলুপ কযামসু পোকপগী চাং অণ্ডকপা ফংনা ৱাংই। হৌজিক মতমগী পুন্সি মবেনবু য়াম্না পামশিনবা, লেপ্পা লৈতনা চাংয়েং তান্নবা অমদি পুক্রিং নুংঙাইতবা অসিগুম্বনসু চাবোক কৌহল্লি। অদুগা মকদি জীবা ওইনহগদবা সকক্পু মাংহনবনা মকওইবা মচাক অমনি। আমেরিকাদা ফাওবা লাইবিক লাইশু হৈবা মী কাংলুপকী চাবোক্তগী থবক শুবা কাংলুপকী চাবোক্লা শকক অনিদগী হেন্না হেল্লি।

নোংচুপ হাবমদা অহানবা চাওখৎপা হৌবগা অতৈ মফমদা শন্দোকখিবা হৌজিক মতমগী সভ্যতা মখল অমদি অসিগুম্বা চাওখৎপগী মকওইবা শক্তন্না মমি তাববা অচৌবা সহব লোযননা অচৌবা সহবদা লৈবা মীশিংগী পুন্সি অসির্নাচিংবনা মখোং চেত্তবা সমাজ থোকহল্লি, সমাজ অসিগী হিংবদা মক ওইবা চংবা শকক অদু তপ্পা তপ্পা মাংথবকই। শিম্লোক শিনফম কয়াদা পুন্সিনা খোংচংশিল্লি অদুবু অদুগুম্বা শিনফমগী খুৎলায় অদু কোমথোবকই, মদু মীওইবগী মবনাই খুৎশেম ওইবনা তপ্পা তপ্পা ময়েং তাথখি। ঙহাক ঙহাক নুংঙাইহনবা দবকাব ওইবকই — ঐখোযবু তুমহন্নবা (তুহনবা ঙম্না) ময়াইকাবা হিদাক, নত্রগা ঐখোযগী হকচাংগী তোঙান তোঙানবা কয়াৎ ইন্দ্রি পেলহনবা, ঙহাক্কী ওইনা থক্লিং চার্নিংবা পোকহনবা অমদি হকচাংগী কয়াৎ ইন্দ্রি শোম্বহন্দুনা ঙহাক নুংঙাইবা পীবা চানবা অমসুং থক্লবা পোৎ অমদি ঙহাক নুংঙাইহন্বা ঙহাক ময়াই কাহন্নবা ইতোপ তোপ্পা শবাঞ্জাম লোযনা ঙহাক নুংঙাইহল্লমলগা মদুগী মহৈনা পংথহনবা ফুম্বংনঙনবা - মসিনি দবাকব ওইবিবসি। য়েংবদা তাবদা চাবদা তশেংনা পামহনবা পোকহল্লবা অমদি মদুবু হাকথেংননা অপান্ননা থবক ওইনা তৌবগা লোযননা, পুম্নমক মতৌ পুম্বনা মপুং সভ্যতাবু ঐখোয়না শেমই। খুৎশেমগী পোৎ শানবা মচাক্লা শাবা নেচবগী নত্তবা খুৎশেমগী অচাঅথক ঐখোয় চাবে, খুৎশেমগী ওইবা নুংঙাইবা ইবাংদা ঐখোয লুপবে, মীওইবগা মবী লৈনবা, পুম্না ইমাইদা তাওবে (খম্বগী শকক য়াওদ্রে)। পোৎ চৎনবা পোৎপু থাগত্তুনা হাবনা ঐখোয়গী মতমবু মশক তাক্লি, মহাক্লা (অতাবা মীনা) লেপ্পা লৈতনা খোঞ্জাও থাদুনা ঐখোয়বু শুমহৎনবা লাক্রবি, ঐখোয়গী উশিনবা শক্তি মাংহল্লি অমদি কানদবা পোৎ অমদি হকচাং মাংহনবা য়াবা পোথোক লৈ নবা ঐখোয়দা ইনর্শিল্লি। অসিগুম্বা থৌদোক অসিগীদমক অতৈবু ঐহাক্লা মবান শিবা নত্তে। ঐখোয় অসিসু ঐখোয়গী যুগকী শক্তমগা লোয়ননা, থাগৎপা নত্রগা মবানশিবদা মান্ননা মতিকচাববা, যুগ অসিগী পোৎথোকনি। মী অতৈ অমগুমগনা, খানু থাগৎপা, অশোয়বা-ফত্তবসু ঐহাক্লা ফোংদোকই, তশেংনমক অসিগুম্বা সভ্যতগী ঐহাকসু শরুক অমনি লোয়ননা ঐহাক্কী লমচৎ শাজৎ অমদি ৱাখল খনবগী মওং মতৌসু হাযবিবা সভ্যতা অসিনা মচু শংলি।

পোথোক লৈত্রবা অমদি জাতিগী মাংথবকপনচিংবা খুদম, অমদি মবম, কযানা য়ুম্ফম ওইববা হৌজিক মতমগী সভ্যতা অসি কবিদা শোযবিবনো ? অদুগা মসি অনৌবা নত্তে, হান্নানা থোক্লবদি, মসিগী খুদম ইতিহাসতা থল্লা

য়াওবি। মপাঙ্গল কল্লবা বোম সম্রাজনা মুথবক্লবদা অতৈদগী খোয়না হেন্না ফীবম শোকপা হেজিল্লি। মনুং থিংনা কাইবা অসি মতমগী খুদুং ইনব্রা, মসিগী মবম থিদোক্কুনা মসিবু থোকহন্দবা ঐখোযনা ঙম্লবোইদ্রা ? সমাজগী ওইবা হৌজিক কালগী কল-কাবখানা অমদি শেষ্টুমগী ফীবমনা মক ওইবা মবম ওইবদি যাবোই, মবমদি হায়বিবা অসি নত্রবসু মুৎপদি তত্তনা থোকই। অদুগা মসিমদি ওইবা য়াই, মখোযগী ওইবক ওইবকপা মতা মতুংইন্না থবক অমদি রাখলগী ইবাং অমদা মখোযনা তাওই, মদুমক্লা হায়বিবা মবমশিং অদু থোকহনবদা তেংবাংই। লায অমদি লাইবক্লা তম্বা কবিগুম্বা অমনা অমদি মীওইবগী রাখল অমসুং মথৌনবু নুংঙাইহন্দবা ফংহন্দবা কবিগুম্বা অমনা মক ওইবা হৌফম মবম ওইববদি মসি খংনবা ঐখোয়না ফনা কন্না হোৎনববসু নত্রগা ঐখোযগী ইশাগী লৈজবা গ্যাননা মসি থিবা ঙম্লবা কন্না হোৎনববা ফাওবদা, মসিবু লাকশিনবদা রাফম থোকই। অদুগা অচুম্বা মবম অমদি থোবকপগুম তৌই ঐখোয়না তৎন থাংদনা ঐখোয়গী কান্নবদা তৌবিবা লৈপাক লৈমা অমদি তাইবং পানবদগী বিদায লৌবদি মশাগী অমদি জাতিগী ওইনা অফবা নত্তে। লৈপাক লৈমা অমদি কোরৌহনবনা (ঐখোয়দা থরাই পীবি) হিংহন্নবগী মকনি, মতম খবদং ঐখোযনা মখোযদগী লাপথোকপদা হিংবগী পাঙ্গল অসুম মযেং তাবা হৌবকই। হৌজিক মতমগী কল কাবখাবনদা থবক শুবা কাংবুদি লৈপাক লৈমগা মবী তৎনম্রে মদুনা মবম ওইদুনা, মহৌশা লাইবেম্বীনা পীবা নুংঙাইবদু মখোযনা ফংদ্রে খংদ্রে, লৈপাক লৈমগা মবী লৈনবনা হকচাং ফহনবা কুচ্ছ কুমেন তঙাং তঙাংহনবদুগী নুংঙাইবদুসু মখোযনা ফংদ্রে খংদ্রে। মহৌশা লাইবেম্বীগী ফজবা শক্তমগী মবমদা মখোয়না রাবী শানৈ, চযোন অবোযবা খুদিংদা মবক মবক্তা মদু থিবা যেংবা মখোয়না চৎলি নীংতম্না হিংবদা চংবা, মখোযনা কল কাবখানাদা শাবা পোথোক পুদনা অদুবু মহৌশা লাইবেম্বী মবি লৈনবা অমাদ প্রকৃতিগী শবক অমনি হাযনা খঙবা ঙমদে। মখোযদদি মসি যেংলবা থাগৎনবা পোৎ অমান মবমদি মদুম তৌনবা মখোযদা হাযবী মতুংদা নুংঙাইজবগী শ্বব হোন্দোক্তুনা মখোয়গী হৌনশা ওইবা ফীবমদা হপ্পিল্লি, অবিবা যঙবা শৈ.ব ইশ কাব নত্রগা লাইবক ইবশিংবু মখোয়না থাগৎনবা হোৎনকবগন, মখোযনা তৌকবা অদুদা চোকথবক্তুনা, বাংলগা তোৎন থিজিনবা যাওদবা, মখোযনা মথবাইনা তাজবা, শাগৎপা রাবী নত্রগা মবানগী লংজিন পুথোকপা বাবাদা পোক হেক তানতুম্লনি। অবাঙ্গা খংনবোই খংনদবোই তৌবা মবীমতাদা নিংকৌনফম খংদনা মঙো মবম খ দনা কৌকবা, শকখ নাবা মখোযদি, থাযনগী গ্রীক নত্রগা ভাবতমচাগুম মহৌশা লাইবেম্বীগী মতম্লাঙা চাতবকপা অঙাং নত্তে মখোযদি ঐখোযগা ইপা ইপুশি দা মহৌশা লাইবেম্বীনা পীবীবা খুযা তুশিংনা ইংনা পানবা পুন্সিগী নুংনহবা অমদি মখল মথেনাগা নোযবা লাইদ্রবা মহৌশা লাইবেম্বীনা পীবা নুংঙাই যাইফবা পুন্সিগী নুংঙাইবা, পুম্নসি মখোযদি কাবিমতা খংদ্রবনি। মসি পুম্নমক্লা মবম ওইদুনা, অখাবা মিংযে মখাদা যোকপা, পোক্তবা মচা চাওবোক ওইনা মহৌশা লাইবেম্বীনা মখোযবু যেংই হাযবদা কাব শুকনিংঙাই লৈবগে ?

থাযনগী ওইবা লায থাজবগী বাখলদা ঐখোযনা হঙন্দবদি যাই, অদুমম্দি, ওইবগা মহৌশা লাইবেম্বীগী অংকবকপা খৌবম খৌশিনবু উদ খংদবদি নংও, অদুগা হি বগী মা ক ওইবনা নুংশিববা প্রকৃতিগী ঈশৈ ঐখোযনা তাই, মদুদগী 'হংবদা চংবা মক ওইবা মচাক ঐখোযনা লৌই। অককনবা মফমতদা ঈশৈদু শকপা নংও, মদুবু তাবা ঙম্বা নাকোং ঐখোয়গী লৈজলবদি মফম পুম্নমক্তা ঐখোযনা তাবা যংগনি। অদুগা মফম খবা লৈ মফমশিং অদুদাদ ঈশৈ তাগে হায়না খল্লুদনা মী ফাওবা শুম্মৎলি, ঈশৈ অদু অবাঙ্গদগী তাম্না নুংশিনা নত্রগ' (চোয়া বোংবা খবদগী) খোঙনগুমই। শাংথাবিবা মফমশিংদগী মনুংদা কশ্মীবসু অমান, মফমদু ফজবা পুম্বগী তুংনফমান, মফমদুগী নুংঙাইবনা ইন্দ্রি পুম্না শুম্মৎলি। কশ্মীবগী মতাং ইবকপদা ফ্রান্সকী অফাওবা অশৈবা এমঃ ফোচেনা হায, "মীখুদি মক্লা যেংগদবগী তানবিবা, কুপ্পা থিজিনবা য়েংশিনগে খন্দবা মী ফাওববু শুম্মৎলি কশ্মীবগী তোপ তোপ্পা শুম্মৎনবা শগুমগী অচুম্বা মবমসু ঐহাকনা কবম্না থাজকবগে হায়বদু মখাতানা ঐহাক্লা হায়থবা যাখিগদ্র ? কাশ্মীবদা লৈবা চাওববা নিংথিবা উমং, রামং, থবোইমতিদগী হেন্না লুববা ঈশিংনা লৈতেংলবা পাৎশিং, উম্না কুপ্পবা চীংজাওগী পুক্লিংহুববা চীংদোন কযা, নত্রগা ঈংলবা নামীবা নুংশিংকী তাম্বা চানা মপুক্লং নুংঙাইনা ঈশৈ ঙংলিবা লোক তাই কয়া - অসিগুম্বা কাশ্মীবগী নিংথিজনবা শুম্মৎনবগী মশক ওইববা শক্তম অসি পুবকপা নত্তে। সমুদ্রবোমদা শিন্দোক্তুনা মযেক শেংনা চাওথোকনিংঙাই ওইনা লৈবিবা গ্রীক্কী লাইশংগুম অমদি চাওনা নুংজাও তবাতনা হক্তুনা শাবা পাযাবগী পীক্তকপা লাইশংগুম, মাটেশুকী অংকে অকায় কযানা মখোযগী কাবেবা মতোন্দা থিনগৎপনা, লিসিক্রেটকী নুংগী

ফুরা দলায়া খ্বাইদগী হেন্না ৱাংনা চপ চাবা চাং অমদা লৈরবসু অসিগুম্বা থায়নগী ওইবা ফুরা দালানশিংগী ফজবা, চীংলেম্বা শক্তম্না মসি ওইহনবা ঙমদে। মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা শক্তমগা মীওইবগী ওইবা খুৎশেমগা অনিসি খুৎশম্নমনা চৎমিন্নবনা মসি ওইরিবনি হায়বসু কনা'মতনা হায়বা ঙমদে; মরমদি করম তৌরগা ফজগদগে হায়না খল্লগা শাবা ফজরবা দলান কয়া অতৈ লৈবাক কয়াদা উবা ফংই। মীওইবগী ৱাখলনা লাম্বা ফংদ্রবা অশেংবা অমদি অঙকপা থৱাই হাপ্পবা মহৌশাগী খুৎশেম মরক্তা হায়রিবা মখল মথেন অনিগী ফজবনা পুন্না লৈমিন্নবদি কশ্মীরতদনি; মীওইবগী ৱাখল ৱাংমদা লৈপ্ত্রবা অশেংবা অঙকপা পোকহন্না হাপ্পবা থৱাইনা ঐখোয়গী নাকোংদা নাপ্লাচিক্লা করম্না মুরুম মুরুম শোনগদবনি খংই, লায়বু থাজবা ঐখোয়বু থক থক নিকহল্লি, পৃথিবীনা নৱা (অঙাং) ওইরিঙৈ, অশৈবা অসিনা তেংথাবা হৌখ্রবা মতম অদুবু ভাব তাবা তাদবা লৈতনা ঐখোয়বু নিংশিংহল্লি। মতমদুদা "L'art greco-bouddhique le Gandhara" দগী লৌথোক্তুনা অশৈবনা ইরমই – le ciel sur la terre Marchait et respirait dans un peuple de dieux" পুক্লিং অমদি হকচাংগীদমক্তদি লায় থাজবগা মরি লৈনবনা ফৈ হায়না থাজরুবনা ঐহাক ইশামক লায়-থাজবা মী ওইরবসু অদুগা কাশ্মীরবু ঐহাক্ পামজরুবনা ঐহাকপু করি করিগুম্বদা শেরান্নমনা খনজিল্লবসু নত্রগা লায় থাজদবা কাংবুবু শৌগত্তুনা মরৈ য়েৎলুদ্রবসু ঐহাকনা হায়রুরিবসে কাশ্মীরবু থাগৎপা নত্তে। ঐহাক্না নিংবদি লৈপাক লৈমগা মরী পুন্নমক ককৎনববা পুন্সি অদু শোয়দনমক নোংমা নোংমগী খুইথরক্কদবনি। তশেংনমকসু মরী খংকক ককপা হায়বসি থোক্কন্দে অদুগা মহৌশা লাইরেম্বীগী খোংচৎ অসিসু মতম চংবা তপ্পা চংলি। থৱাই হাপলিবা মচাক্তগী অসুম অসুম লাপথোক্লা চাওথোক্লা চৎখ্রিবা অসিমক হৌজিক মতমগী সভ্যতানা শোম্বরকপনি। হৌজিক কালগী শেঙ্গাও পায়বা সমাজগী খংদনা খংবা শাবা অমগা অমগা হিতান্নবগুম ক্রক ক্রক য়েংনবা লমচৎ শাজৎ, অতৈ পুন্নমক্কী মথক্তা শেনতবু শীংথাবা, অৱাবনা লেপ্তনা হেজিল্লকপা, মীয়ামগী ঙাকশেনবা ৱাৎশিল্লকপা পুন্নমক অসিনা ৱাখল নুংঙাইহন্দবা পোকহল্লি লোয়ননা হকচাং ইন্দ্রিশিংগী মথৌদা অকাইবা পীরকই। জ্ঞান লৈবা অমদি হেন্না নিংথিবা চাংদা শেম্বুমগী ফীবম থম্বা অসিতনা অসিগুম্বা ফীবম অসিবু ফগৎহনবা ঙমগনি। অসুম্না তৌরফাওবদা, লৈপাক লৈমা অমদি মহৌশা লাইরেম্বীগা হেন্না নকশিন্নমনা মরী লৈনবা দরকাৰ ওই। মসি হায় হায়দুনা, ৱাহৈগী চপচাবা অর্থ লৌদুনা থায়নগী ওইবা ফীবমদা অমুক হঞ্জিল্লসি হায়বা নত্তে হায়বদি য়েলহৌঙৈদা লৈরম্বা পাল্লম্বা যুম্বালদা অমুক হঞ্জিনসি হায়বা নত্তে। মদুমক ওইরগদি, হীদাক্না অনাবা ফহনবগী মহুত্তা অনাবা হেনগৎহনবা তাগনি। হৌজিক মতমদা লৈরিবা কল কারখানদা থবক শুরিবা নিপা নিপী পুন্নমক লৈপাক্না শম্নহন্নবা শীনগদবনি। লোয়ননা লৌৱাই থৱাইদা চৎনরিবা চৎনরোন অসি অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা লাক্লগদবনি। হিংমিন্নবগী নুংঙাইবদু সহর অমদি লৱাই থৱাইদা চপমান্ননা ফংহনগদবনি, হিংমিন্নবগী নুংঙাইবা অসিনা হকচাং ফহন্নবা, নুংঙাইহন্নবা অমদি মপুংফারবা পুন্সি মরেন লেলহল্লবা মপুংফারবা খুদোংচাবদু ফংহনগনি।

মসিমক মীওইবনা তৌগে নিংলবতদা মসি তৌবদি য়াই হায়ববু মদু ঐহাক্তি চিংনৈ। পাকশন্না মসিসু হৌজিক পান্নবদি লৈতে, খুৎশেমগী পোখোক পুথোকপদা অমদি খুৎশেমগী ওইবা নুংঙাইনবা শিনবদা ঐখোয়গী পাঙ্গল থৌনা পুন্নমক শীজিন্নরে (অমগা অমগা হাৎ-শুনবা তোক্তুনা)। মসি অয়াম্বা পাংথোক্লবা অপাম্বগী যুম্ফম ঐগী লৈতে, ঐনা খনবদা খরমখৈদি চপচানা পান্নবা য়াবনি, অদুবু মদু তৌবদা মতম চংগনি চংইবা মতমদু অফবা থবক তৌবদা শীজিন্নবগী মহুত্তা পুন্সিগী অরানবা থবক্কী নিতম্বদা চংহনলে। হৌজিক কালদা অশেম্বা হার য়াম্না পান্নরি, ঐনা নিংবদা, মদুনা তৌফম থোকপা অফবা খরদি তৌই। অদুন্নদি ওইরগা খুৎশেমগী পোখোক পুথোকপদা মদুমক ঐঙোন্দদি মরিং মরাংনা থোকই, মহৌশা লাইরেম্বীগী হায়বদি মীওইবনা কাওথোক্লপ্রে, অসিগুমবা প্রকৃতিগী ওইবা হার লংথোক্তুনা মাংহল্লে। চীনাদদি, জাতি অমা ওইনা, প্রকৃতিনা পীবা হার নিংথিনা মপুংফানা শীজিন্নবা ৱাখল জ্ঞান লৈ । খুৎশেমগী হারনা থুনা মহৈ য়ালহল্লবসু লৈপাক্তগী মহৌশানা থোকচবা কান্নবা মচাক মাংহন্দনা লৈপাক লৈহাও মাংহল্লি অসুম তৌদুনা মমৈথংদা খুংহল্লি লৈকংলা ওইহল্লি। অসুম তৌবসিনা মোমবতি মনিং মমাং মৈ চুবগুম মহৌশা লাইরেমবীনা শেম্বা লৈপাক লোয়ননা ঐখোয় মীওইবগী পুন্সি, হেন্না থুনা মাং তাকহল্লি। পৃথিবীগী গর্ভনুংদগী, লেপ্পা লৈতনা অঙকপা চাংদা, হী-য়াই-ঐখোয়না লৌথোকই অদুগা মদুগীদমক করিসু পীশিনদে অমদি শীজিন্নদে।

কেমিকেল লেবোরেটরিদা (বিজ্ঞান্না হিদাক চাংয়েংবা মফমদা শঙদা) জেশা পোৎ অমবু পুথোকনবা ঐখোয়গী শক্তি হেনগৎলকপনদা ঐখোয়দা চাউথোকচৈ। মনিল শীজিন্নবা যুগতগী ঐখোয়না চংশিল্লকপনা ইলেক্ট্রিকী যুগ য়ৌশিল্লকলে, অদুনা হৌজিক লৈরিবা বাওটেক্নিক অমদি ইলেকট্রোনিককী মতমনি। ঐখোয়বু অসুক য়াম্না খুদোং থীহললিবা ঐখোয়না তৎন-থানবা য়াদ্রবা থৌদোক কয়াবু পাংথোক্লগনি হায়না ঐখোয়না আশা তৌজরিবা সমাজ বিজ্ঞানগী মতমদা ঐখোয়গী মাংদা, মমি শাম্মী ওইনা লিপৎ লিপৎ চৎলি। মেগনোসিয়ম এলুমিনিয়মগী যুগকী থোংজিন ঐখোয়না য়ৌরকলবনি হায়না ঐখোয়দা হায়, হায়রিবা ধাতু অনি অসি অসুক য়াম্না মরাং কাইনা পৃথিবী শিনবা থুংনা লৈখ্রে, কনাগুম্বনা পান্নকপদা অরাৎপা কৌবা লৈতে। অনৌবা কেমিষ্ট্রিনা মীওইবগী অনৌবা পুন্সি শাগৎলি। মীওইবশিংগী লৈফম থোকপা শক্তি, হেনগৎপা য়াবমখৈ হেনগৎলবা থাক্তা হৌজিক ঐখোয়না য়ৌরবনি অদুগা যুক অমা শেমগৎ-শাগৎপগী থিজিন-হুমজিনবগী থবক পাংথোকনবা লমজিং লম্বীনা থোক্লগদবা থৌরম পাংনা য়ানশিল্লকলি।

মসিপুম্বসি খল্লবুদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই অদুম্মদি ওইরগা ঐগী পুক্রিংদা চিংনবা অমা লাক্লি। ঐখোয়না ৱারিবা অৱাবা ইপাক্তা তারিবসি পাঙ্গল শক্তি ৱাত্তুনা নত্তে, ঐখোয়গী লৈজরিবা শক্তি মফম লান্না শীজিন্নবননি নত্রগা মফম মতাং চানা শীজিন্নদবনি। বিজ্ঞান্না শক্তি পাঙ্গল পীবিবনি অদুবু অদুগুম্বা বিঞান অদু য়ামলে, কান্নদ্রে লোয়ননা ঐখোয়না নিংতম্না শীজিন্নরিবা ঐখোয়গী ৱাখলগা চান্নদ্রে। বিজ্ঞানদি মতমপুমবদা মমাই পাক্তুনা লৈগনি, অদুম্মদি ওইরগা মসিবু প্রকৃতিনা থৌশামন্দ্রবদি প্রকৃতিনা মসিগী মথক্তা শুকশোয় শোয়দনা লম্মন খুমলক্কনি। মথৱাই পাল্লবদি চাওফম থোকপদু মপুংমরৈ ফানা চাউবা তাবনি কবিগুম্বা চাওফম থোকপা য়ৌনা চাওদ্রবদি পীর্কশিল্লবদি মনুংদা কবিগুম্বা অরাৎপা অমা লৈরবনি, মদু বিঞান্নবু কবিনো হায়বা পুথোকপা ঙমদে।

# তরাশুবা পন্দুপ

## তরামঙাশুবা তাঙ্কক

# মমাংঙৈগী ওইবা থৌরমদা হৌজিক্কী ওইনা চংশিনবা

হৌজিক খন্নবিবা রাখল, হায়বদি, হেন্না ফবা লমদা হৌজিক খন্নবিবা রাখল অসি থবক ওইনা পাংথোক্লবা অমদি পাযখৎলিবা থবক অবোইবা তানবা ওইনা তৌই, লমচৎ শাজৎ শেন্বা অমদি সমাজগী খনবা ওইনা তৌই, লোযননা মী অমবু মী অমনা সনমান তৌবা অমদি মিওইবমখৈ মীওইবশিংগী য়াইফনবা খনবা ওইনা তৌই। মীয়াম সমাজগী ফনবগীদমক্তা থবক ওইনা চত্থবা য়াবা ফীদম্না মসিবু পুল্লি। মসিবু থবক তৌহল্লিবা ফীদম অসিনা যুগকী ওইবা জ্ঞান শক্তি, মতমগী পাঙ্গল অমসুং মতমগী ওইবা ধর্ম্মবু মহুৎ মবেংশিল্লি। অবিববু ফিলোসোফিক ওইবা মওংদা লৈনবা, অচুম্ববু থিজিনবা, মযাই ওইবা যুগকী ভাবনা শাববু ভাব ইত তাদনা থাজবা অমদি মদুদসু নিংবা অসি পুম্নমকপু হৌজিক খন্নবিবা রাখলনা নাকোযননা হুন্দোক্লুনা থমই। মীওইবা অমগা অমগগী লৈনবিবা নুংশিনবনা ঈশ্ববনি, সমাজগী নুংঙাই যাইফনবা ময়াম থবক নোম্মীন্নবনা ধর্ম্মনি। চহি মতাং মতাংগী ওইবা রাখলবু, লৈবিবা অকোযবগী চৎনবোন অমদি ফীবমনা খৌহল্লবা অদুগা চহি মতাং খুদিংদা অবানবা চুমদবনা, অচুম্বা মদুমক ফংনবা লংলা লংজিন্নি হাযনা খল্লবা অদু ওইববদি খল্লিবা রাখল অসি (নুংশিনবনা ঈশ্ববনি নোম্মীনা শুমিম্বনা ধর্ম্মনি হায়বা রাখল অসি)না মপুংফাদবা ওইবক্কনি। মীবোন খুদিংমক অমদি মীপুম খুদিংমক মাযাদা তাউদুনা নাববনি, ময়ানা কুপখিদুনা মখোয়না পোৎশিং উবিবা যেংইবা মিৎযেং অদুবু অচুম্বনি খল্লগা মশক খংনবা চংশিল্লকইবা খোংজং, অদুবু অচুম্বা খোংজংনি হাযনা খল্লি। কলচব খুদিংমক কলচব মশাদা মশাগী মগুণ যাওজবর্বান, যাওবিবা মগুণ অদ্ কলচব অদুমক্তা পনখৈ হাযহল্লি পাংশোয নাইবসু থোকহল্লি। অসিগুম্না কচলবদা মচু শংখ্রবা মীনা কচলবদা যাওবিবা মগুণ অদুম্মক অচুম্বা অশেংবনি নিংই, (লৌই) লোযননা কলচবগী অচুম্বদু মতমপুম্বদা চুন্নগদনি নিংই। মবম অসিনা হৌজিক ঐখোযগী লৈবিবা কলচব অসি মতম কুইগদবা অবেপ্পা নঙে, অদুম্নদি ওইবগা ঐখোযদদি মকওইবা কাননবা খবা লৈ নবখাদ ঐখোয়না লৈবিবা হিংউবা মতমদুগী লমচৎ শাজৎ অমদি রাখল মখোযদা মমি তাহৌই। মনুং ফাওনা তুংগী যাওনা উবা ঙম্না অমদি খ্বাইদগী হেন্না লৌশিং জ্ঞান লৈবা মী মখোয খবসিনা তুংদা খোবক্কদবা উবনা, মীওইবা অমদি জগৎ অসিগী হেন্না মপুং মবৈ ফাববা রাখলগী মিৎযেং অমা মখোযগী লৈ। অসিগুম্না রাখলগী মিৎয়েং অসি অচুম্বা পুম্নমক থোবকনবা নকওইবা পোৎচং (শক্তম) ওই। হৌজিক হৌজিক ওইবিবা মকওইবা অস্মিক মীশিং যামদ্রবা মী অযাম্বনা খংবা ৬মদে অদুগা মতমগী ওইবা অর্থ য়াওদবা লোন্না মখোয মশেন রাবীদি শানৈ অমদি হৌপ্রবা অদুতদা নৈশিন্দুনা মখোযনা লৈ।

ঐখোয়না হৌজিক লৈবিবা মতমগা চান্নববা খ্বাইদগী রাংবা ফীদমগা চান্নবা ঐখোযনা থবক পাযখৎপা তাই, ঐখোয়গী জাতিগী খ্বাইদগী রাংলবা রাখলগী থাক্তা ঐখোযনা হাপচিনবা য়াই নত্রগা শেমগৎতুনা মওং তানবা হোৎনবা ফীদম অসি ঐখোয়না অনি থোক্লা খাযদোকপা যাইঃ- মীওইবগা লৈনবা মবী অমসুং বিজ্ঞানগী শক্তি পাঙ্গল। হাযবিবা মখল অনি অসিগী চাওবাকপা খেননবা যানদবা অমদি লৈ, অদুন্নদি ওইবগা পুম্নমক্কী মশাগী মনুংদা লৈবিবা মগুর্ণশিংদু কবি কবিনো ’ হাযনা হংবগা লোযননা ঙসি খংহৌদনা খল্লকপা রাখলনা, অনিসিগী তোঙান তোঙান চংশিন্নবকইবা মবক্তা লৈবা লিববা বাখল সিমানা অদুবু মাংহল্লি অদুতসু নত্তনা বিজ্ঞানগী ওইবা মপানগী সংসাব অমদি মীওইবনা লৈবিবা সংসাবদা খন্নবিবা রাখলগী চাংয়েং অনিগী মবক্তা লৈবিবা কাখল অদুবুসু মাংহল্লি। মীওইবগী মবমদা খনবা ঙম্না রাখলগী শক্তি অমদি বিজ্ঞান পুথোকপা ঙম্বগী শক্তি অনিসিগী মবক্তা মচাক মযাম পুনশিল্লগা যেৎনবা মওংদা অনিগী অপুনবা রাখল্লোন অমা থোক্লককই, মদুম্না মীওইবগী মতাংদা খনবা পৃথোকপা য়াবামখৈ বিজ্ঞানগী মতেংনা পুথোকই। বিজ্ঞান্না অচুম্বা অমা ফংবদা ফংইবা অচুম্বদুগী মচাকশিংদুগী অকোইবা ঙমখৈদগী হেন্দোক্তে নত্রগা থিনা য়ানিংলমদবা অদু তোকখি। ঐখোয়গী ইন্দ্রি মঙা অসিনা মখোয়না উবিবা খংইবা অদুনা তাইবংপান্দা লৈবিবা পুম্ববু যেংবদা চোকথবা কবিমতা লৈতে। চহি কুমনমঙাগী মমাংদা পৃথিবীগী চীং তুবেননচিংবা বিজ্ঞানিকশিংনা উবা মিৎয়েং শক্তমদা য়াম্না শাথিবা অহোংবা অমা লৈবমই। প্রাকৃতিবু মীওইবগা মবী লৈনদবা থিনা, খেননববা কবিগুম্বা অমা ওইনা ,বিজ্ঞানিকশিংনা উবমই। অদুবু হৌজিক স্যাব জেম্‌স জীন্সনা ঐখোযদা হায়বদি বিজ্ঞানগী কাননবা মকওইবদি "মীওইবনা প্রকৃতিবু মীওইবদগী তোঙানবনি হাযনা উদ্রে "।

অদুবু মমৈথংদদি উপনিষদপু নৈনবা কাংবুদা খুম্বদা ৱাহনবা, মমাংঙৈগী ওইবা ৱাহং হংনরকলে; খল্লিবসি (মীওইবনচিংবা খন্নবগী শক্তি পাঙ্গল ওইবিবসি) খনবা ঙম্নব্রা ? মপানগী ওইবা পোৎপু উবা ঙমইবা, মিৎনা, মশাবু উবা ঙম্নব্রা ? মপানগী ওইবা পোৎশকশিং অসি মনুংগী ওইবা পোৎশক্কী শকক ওইববদি ঐখোয়না মিৎনা উবিবা ৱাখলনা উবিবা অসি ৱাখলদগী থোবকপা মমি নত্তব্রা, জগৎ অমদি প্রকৃতি থৱাই হকচাং অমদি ৱাখল, জগৎকী ৱাংমদা লৈবিবা অমদি মফম খুদিংশিনবা থুংনা লৈবিবা পুম্নমক অসি মকওইনা অমতা ওইববদি, পোৎশক্কী পাকচাওববা থৌশিন অসি মশক শেংনা খংন উনবা ঐখোয়না কবিগীদমক্তা ঙমখৈ নাইরবা ৱাখলগী পবীকব মনুংদা লৈবিবনো ? বিজ্ঞানিকশিংনা য়াম্না হৈ-শিংনা, নাম্বোক্কদবগী লাক্লববসু বিজ্ঞান্নদি থৌওং-থৌশিন অসি খংনবা তকশিল্লর্কলি, অদুবু হৌজিকত মতমগী পুকচেন শেংলবা খংনিংবনা লাংতক্লববা বিজ্ঞানিকশিংদি ফিলোসোফবশিংগী হুবেনা হৌফম ওইবি লোয়নননা য়েলহৌঙে-যুগতা লৈম্না ধর্ম্ম লৈবা মী ওইবি। Prof Albert Einstein না হায, "মিৎনা উবিবা পোৎশক্তমক থাজনববা ঐখোয়গী যুগ অসিদদি য়ানা কুপ্না চেকশিন্না বিজ্ঞান্না থবক তৌবিবশিং অসি মনুংথিনা, মকচেৎনা ধর্ম্ম খংলবা কাংবুনি।" *

মসি পুম্নমকসিনা তাকই মদুদি বিজ্ঞান্দা চেৎনা থাজবা অমা লৈবগুম উই অদুম্নদি ওইবগা খংনবা অমসু লৈ মদুদি অশেংবা প্রকৃতিগী ওইবা নত্রগা খংনিংবা থিনিংবা মহৈ য়াওদবা লৈতবদদি বিজ্ঞান ওইবা য়াদে। হিংবদা থানবা যাদ্রবা দবকাব লৈবা কয়া বিজ্ঞান্না পুথোক্লবসু হিংবগী মবম অমবুদি বিজ্ঞান্না পুথোর্কনিংদব্রা ? অচুম্বগী ওইবা সংসাবগা পাঙ্গলগী ওইবা সংসাবগা অনিগী মবক্তা য়ানবা অমা পুবক্লবা হোৎনবি মবমদি অহানবগী ৱাফম্ন কাহেয়া থাঙ্গৎনবা মদুনা মীওইবগী মবিংজেন মথৌনাবু উৎশানা থুগায হায়বসি হেন্না হেন্না চুমশিল্লকলি। তোঙান তোঙানবা মওং অমদি মবীদা মমাংঙৈগী ফিলোসোফবশিংনা খুম্বদা ৱাববা ৱাহং কয়া অমুক থোবক্রে; পৃথিবীদা লৈবিবা থৱাইপানবগী মপানগী শক্তমগা মী অমগী হকচাংনুংদা লৈবা থৱাইগী শক্তিগা অনিসি কবম্না অমতা ওইনা পুনশিল্লিবনো ? মী অমগী হকচাংদা যাওবিবা শককশিং নত্রগা সমাজ অমবু পুম্নমক অমতা ওইনা পুন্সিনা লাইয়েংবা যাদে হায়বসি ডাক্তবশিং মাইবশিংনা পুথোকখ্রে। হৌজিক মতমদা সাইকোপেথোলোজিগী (কোক বেডা লৈবা মীগী অনাবগী হৌফম থিদুনা লাইয়েংবা) মতাংদা থিজিন শুর্মজিনবা পাম্বা ডাক্তবশিংনা, চপ মান্নবদা মমিং তোঙান তোঙান থোজিনবা হায়জিনবা, ইন্দ্রিগী অমদি "হকচাংনুংদা মাগী মাগী থবক তৌবিবসিগী" লাযনা অসুম্না থোজিনবা অসি খংদোক্লবে অদুগা মমুৎ তানা ৱাখল খম্থদুনা কবিদগী হৌবনো হাযবা মবম থিজিনবদা হেন্না কয়া চখনবে। প্লেটোনা ইবমই, "অসুম্না (মমিং পংথোন থোজিন্দুনা) লাযেংবসি খ্বাইদগী চাওবা অবানবান হকচাং য়েংবা ডাক্তব লৈ, থৱাই (মিহুন) য়েংবা ডাক্তব লৈ অদুম্নদি ওইবগা অনি অসি অমতনি তোঙান তোঙান খাযদোকপা য়াদে।"

"মীওইবা ফুকপকী মবাইবক্তি, হান্নদগী হৌজিক্কা হেন্না মীওইবগী লমচৎ শাজৎকী শক্তি পাঙ্গলগী, ঙসিদি মখাপোনলে হায়না বিজ্ঞানিকশিংগী মবক্তা খ্বাইদগী অথোইবা ঐইষ্টিননা ঐখোয়দা হাযবমই। মশাগী ওইজবা থিদবা, মফম খুদিংদা মশাগী অবেপ্পা ঙাকপা অসিনা নুংঙাইনা খবাতুশিংনা লৈনবগী লম্বীনি।" বিজ্ঞানগীদমক্তা চাওথোকচববা যুগ অসিদগী থায়নগী ফিলোসোফবোমদা, শক্তি পাযশিন্নিংবা অমদি শেন্দোং তানবগী অপাম্বদগী ভাবত খ্বাইনা শকখং মাইখংবীবকইবা মশাগী ওইজবা থাদোকপা বোমদা, ঐখোযবু মহাক্না থুনা পুশিল্লকখি। ঙসি লৈবিবা বিজ্ঞানিক অযাম্বনা ৱাফম অসিদা মহাক্না য়ানদে, অদুগা মহাক্না, অসুম্নসু হায়বমইঃ– "শেনথুম্না, পৃথিবী অসিদা, মীওইববু মীথোইমীচেনবা ঙমদে হায়বসি ঐগী অবেপ্প থাজবনি, মসিদসু নত্তনা মথৱাই য়াওনা থবকশুজবা মী ফাওবগীসু অদুমমঙাই। ফজবা তমজনিংঙাই ওইবা ৱাখল অমদি পুকচেল চাওবা থবক তৌবিবা অশিংবা অচৌ অশাংগী খুদম্নি। শেন্না মশাগী ওইজবা তানবগী পুকচেল চেলহল্লি অমদি শেনবু থিনা চৈনবা শেনদুনা ইনশিল্লি।

মীওইবগী সভ্যতাগা মান্নবা কুইববা অসিগুম্না ৱাহং মাযোক্লবদা হৌজিক মতমগী বিজ্ঞানগী খুদোংচাবা কযামকম লৈ; হায়বিবা খুদোংচবা অদুমক থাইনগী ফিলোসোফবশিংনদি য়ানিংদে। খোর্মজিল্লবা জ্ঞানগী চাউববা পুকৈ মহাক্কী লৈ, লোযনননা মশাগী নিযম কয়ামসু লৈ। মমাংঙৈদা খংনবমদবা লৈবাক কয়াগী মেপ অমদি অকুপ্পা মবম -যেকপা মেপ কয়াসু

লৈ। মীওইবনা খংইবা অমদি খুদুম চল্লিবা পোৎ পুন্নমকপু শন্দোক্লা তাকপা অমদি চাওনা য়েকথোকপনা, ধর্ম্ম শন্দোকপা পুরোহিতশিংনা অঙকপা অন্ধবিশ্বাননা খুৎলায় ওইদুনা মীওইববু ওৎসংবদু তোকহনগ্রে। অদুগা মসিগী খুদোংচাদবসু লৈ। মসিগী মতাংদা খোমজিন্নবা জ্ঞান্না য়ান্না মবাং কায়না লৈবনা, পুন্নমক্কী অপুনবা শক্তম অমা শেমগৎপদা মীওইবদা ব্রানা থোকহল্লি, মসিগী মতাং খবদা মশামক জ্ঞান মাংই, মদুবু অমুক থুগায় অমুক লৈলে অদুবু মচেৎ শকক খবতমক খংই, খংইবা অদুগা মপুমগা অনিগী লৈনবিবা মরী অদু উবা ঙমদে। বিজ্ঞানা থাদোরকপা, পাক-শনবা শক্তিনা মহাকপু মকোক ঙাওহল্লি, হৈনিংদনা মহাকপু হোয়দুনা পুই, মফম খংদবা সমুদ্র তোর্ব্বান্দা মকোক ঙাওহল্লি, হৈনিংদনা মহাকপু হোয়দুনা পুই, মফম খংদনা সমুদ্র তোর্ব্বান্দা নোংলৈনুংশিংনা পুশিনবা হি অমগুম, মশান য়ানিংদনা হায়রিবা শক্তি অসিনা পুদুনা চৎলি। হৌজিক মতমগী খোংচংনা চয়েংনবা অমদগী অতোপ্পা চয়েংনবা অমমুক মথং মথং ওইরকপনা অচুম্ববু ইংনা তহ্রা তহাদনা থিবা য়াবা লম্বীদা লংশিনবা তাবনি। জ্ঞান লৌশিং লৈজবা পুথোক্তবা মাইকৈ কয়াদা শীজিন্নবা য়াই- অদুমদি ওইরগা অচুম্বা মশক খংবদা দবকাব ওইববা ইংলবা লম্ফাংলবা পুন্সিগী শক্তমবু তরাই তরাইনা পুথোকপদি ঙমদে। "লৌশিং জ্ঞানগী তমবদি হৌজিকসু লৈ মসিগী পাঙ্গল হনবা লৈতে।"

মীওইবগী চাওখৎলবা যুগশিংগী মবক্তা অমনি ঐখোয়দা হৌজিক লৈরিবসি, মসিদা ঐখোয়না ফংইবা খুদোংচাবা অসিগীদমক ঐখোয়না লম্মন শিংবা তাবনি। চাওখৎলবা যুগশিং অদু খুৎচৈনবা, অবেপ্পা লৈতনা খল্লি; অবি-অনৌ শিন্নবা লাক্রবনা থল্লি। মতম নুংশাংনা লেংদবা নত্রগা পুক্লিং লুম্বা নত্রগা হোংদবা লৈতে; কবিগুম্বা লৈবম্লবদি থবাইপানবাসু কুইনা হিংলমলোই। ঙস্বখে হোংবনবদা, মান্নবা চাং অমদা লেংদনা লৈমিন্নবা অমদি অহোংবা নায়ববসু মান্নবা চাং অমদা থম্লবা ঐখোয়না হোংনবা তাবনি। পুন্সি হায়বসি মীগা মীগা মাইয়োনদুনা হাৎনশুনবা, লোয়বা লৈতবা লানফমনি, মীওইগী অকোয়বদা লৈবিবা পুম্বগা লেপ্পা লৈতনা থেংনবা লানফমনি, অনৌবা পোৎকী অনৌবা মওং লেপ্পা নৌহৌননা বুদ্ধি লৌশিং থোকহনবা পাঙ্গলগী, বুদ্ধি লৌশিংগী অমদি লমচৎ শাজৎকী লেপ্পা লৈতনা শোক্রবা লানফমনি। থুগায়বা শাগৎপা অনিনা শয়েং পান্মোম ঙান-ঙাননা চৎমিন্নবি, মীওইবগী ব্রাখল প্রকৃতিগী খোংচৎ অনিনা লেংদবা শক্তি ওইবি। লেপ্তুনা চাওখৎপা লেপ্তুনা লৈতবা, লেপ্পা, লৈতনা হোংবনা তত্তনা চত্থবিবা লেপ্তুনা লৈববু য়াহনদবা নিতি নিয়ম্না থবাই পানবগী পুন্সি ওইবি।

ঙসি রাজনিতি অমদি অর্থনিতিগী সংসার অসিদা শক্তি পায়নবা তান্নবি; অদুবু শক্তি ফংলবা মতমদদি, শক্তিগী মমল য়াওহন্দ্রে। রাজনিতিগী চলাক অমদি কুতনিতিদা ফীদম্লফম ওইবদু মাংহনগ্রে পাংদ্রবা মীপুমথিবা ওইবে মশাগী ওইজবা থিবে কান্নদবা মপুমথিৎপা থৌনা উৎলে। থৌবাংনা তান্নবিবা শক্তি অমদি মকওইবা মচাক অদু মাংগ্রে মমিদা ঙাইদৌবেলোয়ননা পাংথোক্কে হায়না নিংলম্না অদু পাংথোকপা ঙমদ্রে। মবমদি শক্তিগী মমি শামগ্রে শক্তিগী মপাঙ্গলনা মশাদা হঞ্জিনগ্রে। মথৌনাবু লাকশিন্নবা শীজিন্নবা ঙমদে অসুম্না অবেস্বা ওই। কোনফুসিয়সনা হায়, "জেনবেলদগী মাগী লাম্নী অমবু নহাক্লা হুবদি পুবদি ঙমগনি অদুগা মী অমদগী মাগী অইনকনববুদি হুবা ঙম্লোই।"

জোহন ষ্টুওয়ার্টনা মাগী মপুন্সিগী রাবী ইবদা ইবমই, "মীওইবনা খল্লিবা ব্রাখলগী যুম্ফম ওইবিবা মকওইবা মওং অদু মবমচাবা মওংদা অহোংবা অমা লাক্রবদি মী অদুগী মবাইবক্তা ফনা তমদুনসু শিংথাবা য়ানা চাওখৎপদি ওইথোকপা য়াদে; হায়বসি হৌজিকমক ঐগী থাজজবা অমনি। অকোইবদা থোকপা অহোংবনা, অমদি পুন্সিদা লেপ্পা লৈতনা লাম্থেংনরিবা অরা-অনানা, ব্রাখল খম্বৎবকপদা যুম্ফম ওইবা অহোংবা থোকহল্লি। ঐখোয়না খল্লিবা ব্রাখল পবেংদা অহোংবা অমা হেক্তা লাকপা য়ানবা ঐখোয়না হোংনবা য়াববসু অহোংবা অসি থোকহন্নবগীদমক্তদি ঐখোয়গী অকোয়বদা অমদি হিংদুনা লৈবদা চংইবা মবম কয়াদা থোবকইবা অহোংবা অদুনা হেন্না দবকাব ওই। অমনা অমদা শাইদাংই লোয়ননা পাঙ্গল হাপই। মীওইবগী ব্রাখলসি লোয়বা লৈতবা মখল মথেন্না থল্লি। মানা মানা তৌবদুতমক অচুম্বনি হায়না মী খুদিংনা উই, অতোপ্পা মীগী খল্লিবা ব্রাখল, তৌবিবা থবক অদুবুদি শুকথা থাগৎপা ঙমদে। মসিদগীনি তত্তনা খৎনবা থোকইবসি। অসুম্না য়েংনবা অসিদগী হেন্না মপুং মবে ফাববা পুন্নমকনা মত অমতা ওইনা য়ানববা অচুম্বা থোবকই। অদুনা ঐখোয়না খংই, অচুম্বা হায়বসি মমাই

কয়া লোংই, অদুগা মী ফুরুপ অমনা নত্রগা জাতি অমনা অচুম্বগী মোনোপোলি লৌবা য়াদে। থবক তৌবসু অসিমগুাই। মকম খেননবা, মী খেননবনা থবক থৌওংসু অমগা অমগা খেননৈ। ভারত, চীনা অদুগা অতৈ জাতিশিংগী ফিংনবা মশাগী ওইবা নিতি নিয়ম লৈজে, মদুমক্তা খাংবা কনবগী হৌরকফম য়ুম্ফমসু মখোয়দা অদুম পী। মখোয়না চৎলিবা লম্বী অদু নত্তবা অতোপ্পা লম্বী অমা লৈতে হায়না মখোয়না খল্লি অদুগা মখোয়গী মরক্ত খরদি হৌজিক ফাওবদা অরেম্বদা পংখন খল্লি। গুসিমক, ইউরোপ অমসুং আমেরিকানা মানা মানা পাম্বা পুন্সিগী লম্বীদা চৎলি, মদুমক মখোয় খুদিংনা পৃথিবীগী মনুংদা অথোয়বনি খল্লি লোয়ননা অমতা গুাইরবা লম্বীনি লৌই। অদুগা হায়বিবা অসিমক পুম্নমক্তা পাম্নবৰা অমতা গুাইরবা লম্বীদি নত্তে; অমনা অমদগী তম্নবদি য়াই। ভারত অমসুং চীনাদি অহোংবা লৈতনা লৈবকপনা তমনিংগুাই খংজিনন্নিংগুাই য়াম্না লৈ; অদুগা নোংচুপ মাইকৈদা লৈবা লৈবাকশিংদি মতম মতমগী ওইরকপা, চাখৎনবগী তৌবা গুম্না শক্তি মখোয়গী লৈ; মশানা মশাবু (মাংহনজরবসু) থুগায়জববসু, কবি কবিগুম্বদা মী কয়ানা মশা মশাবু বলিদান তৌববসু চাওখৎপগী লমদা চংশিল্লকপা লেপ্পা লৈতে।

ভাবত অমদি অতৈ লৈবাক কয়াদা, ঐমক গুাই হায়না চাওথোকপা অমদি মশাগী অরাবতমক খনবা ৱাখলগী ওন্নতৈনবা লৈত্রবা নত্তে। হায়রিবা অনিসিমক খাইনা পামনিংগুাই ওইদে, শাগৈজাৎ অপীকপা মী মচাগী ৱাখলনি। য়াম্না চুম্না, থৌনা ফনা অচুম্ববু মাইয়োং য়াবনা ঐখোয়না পুন্সিবু মশক খংউবনি মসি পংখল খল্লবদগী নত্রগা ময়াইকাবা ৱাখলগা লোয়ননা চংশিল্লুবনা নত্তে। পুন্সিগী থৌদোক কয়াগা মবী লৈনদবা, ভাবনা পংখন খনবা মতুংইন্না থিদুনা, অমদি পম্বুংফম খংদনা ঐখোয়না ঐখোয়গী মতম মাংহনবা গুমদে; মবমদি ঐখোয়গী লাইবক্তা তম্বদি লেপ্পা লৈতনা লেংলি-চৎলি; ঐখোযনা শংবদা গুহাক পোত্থাবিগুৈদা মানা ঐখোয়বু গুাইবা নত্তে। মীওইবগী অথুপ্পা মনুং হুজিন্না লৈবা পুন্সিগী মবম কয়াবু কাওথোক্তুনা মপানগী ওইবতদা ঐখোয়না পুক্লিং লুপ্পা য়াদে চপ মান্নবা চাং অমদি লৈবা তাবনি মখোয়গী (হায়বিবা অনি অসিগী) মবক্তসু পুনশিনহন্নাবা হোৎনবা তাবনি। তবাতবেৎ শুবা খৃষ্টাব্দদা স্পীনোজানা ইখিবা অমা লৈ; "মীওইবগী ৱাখল পুক্লিংগী মশা ওইবিবা পুম্নমক্তা অমতা ওইনা তিন্নবনা খাইদগী ৱাংনা ফবনি ---। পুক্লিংনা খংইবা অদুক মসিগী মপাঙ্গল-শক্তি অমদি প্রকৃতিগী খোংচৎপু নিংথিনা খংগুমই; মসিগী পাঙ্গল-শক্তিবু নিংথিনা খংইবা অদুক হেন্না ফবা মওংদা মসিবু শীজিন্নবা গুমগনি লোয়ননা মশাগী চলাইজনবা আইন (নিতি নিয়ম) শেম্বা গুমগনি প্রকৃতিগী খোংচৎপু নিংথিনা খংইবা অদুক কান্নদ্রবা পোৎলম, থৌদোক্তগী মশাবু নাম্থোকহন্দুনা নিংতম্বা গুমগনি। মসি মপুংফাববা নিয়মনি।

ঐখোয় খুদিংগী পুন্সিদসু, থৱাই অমসুং হকচাং অনিগী মবক্তা, অমদি প্রকৃতিগী শকক ওইবা মী অমসুং সমাজগী শকক ওইবা মী অনিগী মবক্তা — চপ মান্নবা অমা ঐখোয়না থিদোকপা তাবনি। টাগোবনা হায়, " ঐখোয়না মপুংফাববা মী ওইগে হায়ববদি তৌবিবা থবকতা মাইপাক্লবগীদমক তমথীগদবনি , অদুগা পুক্লিংদদি লৈবাকমচাতাগদবনি; প্রকৃতিদগী প্রকৃতিগী ওইবা মনা মীওইবা সমাজদগী মীওইবগী ওইবা মনা ঐাখোয়না লৌগদবনি।" মপুংফাবা হায়বসে ঐখোয় মীওইবনা ফংবা গুম্বগী ৱাংমদা লৈম্রবনি হায়বদি অবোয়ববুনি (শিববুনি); ঐখোযনা মতপুম্বদা চৎলি, কবিগুম্না অমা ফংনবা তান্নবি, ফংলমদাইদা পোৎ অদু অমুক অমুক চেনথোকখ্রি। ঐখোয় খুদিংমক অসিসু অমগা অমগা যাম্না খেননৈ, অমগা অমগা মত খেননৈ, অমগা অমগা তাইওননৈ, অমনা মাইকৈ অমদা অতোপপা অমনা অতোপ্পা মাইকৈদা, মানা মানা থোকপা চিংনবি। থৱাইপানবা জীববু নুংশিবা য়াওবি তুক্কচ্চবসু য়াওবি পুম্নমক ইয়া য়াবসু য়াওবি, হিংনিংবসু য়াওবি অমুক হন্না পোক্লিংবসু য়াওবি। খেননবিবশিংসে অমতা ওইনা মান্নহনবা অমদি তিন্নহনবা লুনা থোকই, কবিগুম্বদা অতোপ্পা অমনা মকোক থোংই মথক থংই করিগুম্বদা অতোপ্পা অমনা অমুক, মকোক ওই মথক থোংই। লিও জুনা হায় ঃ—

কবিগুম্বদা কনাগুম্বনা অপাম্বগী মখাপোলহল্লি মপুন্সিবু
খংনিংদুনা পুন্সিগী অথুপ্পবু;
কবিগুম্বদা কনাগুম্বনা অপাম্বনা শাবনিলৌই মপুন্সিবু
খংননিংদুনা পুন্সিগী শকলোনশিংবু।"

অচুম্বা থিনবা অমদি খংনবা পাঙ্গল লৈববসু ঐখোয়গী, জ্ঞান লৌশিং ফনা লৈদুনসু ঐখোয়গী পুন্সিগী অথুপ্পবু ঐখোয়না কবিমতা খংবা ঙমদে; অদুম্মদি ওইবগা পুন্সিগী অঙকপা খোংচৎ কয়াবুদি ঐখোয়না নিংশিংই। পুন্সিগী ফজবুবদি ঐখোয়না মতম লৈবা থিবিক্তা থাগৎপা ঙমই; জগোই ঈশৈ শক-শোন্দুনা তাইবং শেম্বগী থৌদোকপু লাইনা তৌবগুম্না ঐখোয়না পাংথোকই। ঐখোয়না শোনবা য়াই, ঐখোয় অসি অবানবা কয়া তৌববা অসিবা মচা ওইবা য়াই, মতম খবদং হিংবা তেল্লবা পুন্সি ঐখোয়গী ওইৰা য়াই অদুম্মদি ওইবগা, শিবা লৈতবা ওইবা লাইশিংগীতা ওইবা গুণগী শকক খবদি ঐখোয়দা য়াওবি। এবিষ্টোটলনা হায়, মবমসিনা কনা 'মনা তকশিল্লপদা ঐখোয়না হেক্তা য়াবোইদবনি, মরমদি ঐখোয় মীনি ঐখোয় শিবা জীবনি, ঐখোয় মী অমনি খনগদবনি শিনি হায়বা ঐখোয়না খনগদবনি; অদুম্মদি ওইরগা, হেক গুন্মামখৈ অমব ওইনবা শাজেন তৌগদবনি, ঐখোয়দা লৈবিবা লায়গী শক্তি নিংথিনা শীজিন্নদুনা হিংনবা হোৎনবা তোক্লোইদবনি।

# তরাশুবা পন্দুপ

## তরাতরুক শুবা তাঙ্কক

# লাইরিকসিগী শম্পৎপা ৱাফম

ঐনা লাইবিক অসি ইবা হৌবকপা, চাওবাক্লা থা মঙাবোম শুবে; ঐগী ৱাখলগা ইবোইননা মথং মনাও, মকোক মমৈ খংদা ঐহাক্লা ইবকপসি লমাই লিশিং অমা শুখ্রে। থা মঙাদি অবিবা মতমগী ইচেন্দা তাউবমই লোয়ননা তুংদা ওইবক্কদবদা মুনা মুনসু অমুক য়েংলম্মী, তৎপা খম্বা লৈত্রবা মতমগী চাওববা তৌবেগুম্না হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা মতমগী পীক্লবা ইচোয়া চেনশিল্লকপদা, অসিনা হেক হেক তিন্নবকপদা, ইশামক জ্ঞান মাংদনবা মবক মবক্তা হোৎনবম্মী। থা খরসিদা লানগুম পাম্বা সিফাইনা পৃথিবী অসি থৌদোক্লা থল্লমই, মাইপাকনিংবা আশাগা লোয়ননা থুনা য়াংনা লাঞ্জাও শোক্লবকখি। ঐগী ইবৈবাক্তসু কয়াম থোকখি, ঐহাকসু অবাননা যেংবা ভাবক অমা ওইখি, অৱাবগী ঈথক্লা মতম খবদং ইপোম নাইনা, ঐগী ইথক লান্না হৌবকই, লাম্থোংকখি ঐহাকপু। ৱাখল খনবনা ইথৌ ওইকবনা, ঐনা নিংলকপা ৱাখলগী পোম্থোক খজিক থোক্লব লাক্লকবনা, হৌজিক মতমগী কবাগুম থৌববা ময়ানা যামশিঙ্কপদা ঙাকথোকপা ওইনা ঈশা খজিক লৈথোকচদুনা মপান ঙমখৈ উঙমদবা পাক চাওখ্রবা হৌখ্রবা মতম অমদি পম্বুংফম লেপঙমদনা চৎখিদৌবিবা তুংগী মতম, মতম অনিগী মাইকৈদা ঐনা চেনশিল্লমই।

অসুমনা কোযবা অসি লেপ্লা ভাবমই। মদুগীদমক মতিকচাবা মবম অতৈ অমা লৈনমদ্রনসু থৌশাদবা যাদ্রবা থনক্কী ওইনদি খন্নবা তাবানি। যাম্না বানা হোৎনদুনা ফংবা (ইনবা) চে অদু লোযশিনখ্রে; চেশিংদু খবা হেন্না ফংবা অনাইবা নত্তে।

ডি ডিস্কোভরি ওফ ইণ্ডিয়া - হায়রবসিদা ঐহাকনা কাববু পুথোকখ্রবগে ? ঐহাক্লা অদুক নিংশিংবদি মহাকপু খুমজিল্লম্বা ফী৩ম অদু ঐহাক্লা হাংদোকপদনি হাযবদি মতম কযাগী মমাংদা মহাক কবম তৌবম্মী, হৌজিক্লা কবম তৌবি হাযবা পুথোকপদনি। ঙসি নিপা নিপী পুন্না কোটি চামবি লৈ, অমগা অমগা খেননৈ, মখোয খুদিংমক মানা মানা পাম্বা ৱাখলগী সংসাবদা তাওদুনা লৈ। হৌজিকমক অসুম্না লৈবা অসিনদি মশিং লাকঙমদ্রবা চহি কযাগী মনুংদা মীশিং লাকঙমদ্রবা মীবোন কযা য়াম্না হৌখ্রবগে হাযবদু লাকশিনবদা থোযনা হেন্না লুনা থোকই। অদুবু কবিগুম্বা খবনা মখোযবু পুন্না পুনশিল্লমই হৌজিকসু পুল্লি। জিওগ্রাফী (ভুগোলিক) অমসুং অর্থনীতিগী লমদা যেংবদা ভাবতসু লৈবাক অমনি, খেননবা কযা লৈজববসু মশাগী অপুনবা কলচব লৈজৈ; তাইওন্নবা পুন্নমকপু কল্লবা মশক উদবা লংনা মপুন ওইনা কিদুনা থমই। হন্না হন্না মীখা পোল্লবসু মাগী মবিংজেন মথৌনাবুদি মাংহনবা জয় তৌবা ঙমদ্রি; ঙসি, নাপল চ'ওবা লৈবাক জয় তৌবা অমগী মখুত্তা শান্নপোৎ অনগুম ওইনা উববসু মহাক্কী ৱাখলদা মহাক কনাগীসু মীখা পোন্দবা কনানসু লাকচ খুদুম চন্দ্রিবা ওইনা লৈবি। মহাক্কী মবমদা ৱাহৈনা শেংনা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা গুণনা থল্লবা, থায়নগী ওইবা ৱাবী কযা লৈ, মহাক্কী ৱাখল অসি মতম পুম্বদা ইনুংদা নুংঙাইথোকুম তৌই। মহাক অসি থাজগে য়াই থাজবোই যাই, মং হা ওইবা যাই ৬ইদবা য়াই অদুম্নদি ওইবগা অচুম্বা ঙাক্লি, হৌজিকমক থোকইবনি পুন্নমক্লা খংইবনি। অকীবা ফংলবা, মমলবা অখুবা লম্বী কযা লৈবি লম্বীশিং অদু মীহৌবোনগী শুক শুবমখৈ মমখ্রবা মতমগী শকক তান্না চৎখ্রি, অদুগা মহাক্কী মবমদা মপুং ফাববা নিংথমথাগী লুম্বু লুম্বু শাববা নুংশানা নুংঙাইহল্লবা মতমগী, শকক য়াওদবসু নত্তে। হৌখ্রবা মতমদা যেংউববদি ইকাইগীবা, ইকাইবনা, নিংহল্লনববি, কবিগুম্বদা লমকেৎপী লমহাযবী ওইবী, অয়াম্বা মতমদা, শাবে হৌবগুম জ্ঞান মাংলবি নুজানি। অদুম্নদি ওইবগা নুজা অসি অসুকক্কী মতিক নুংশি, মাগী মপাবী মমোমশিংনা চৎলু চৎলুবা মফমদা অমদি ফত্তবা নোংদম্না মথক্তা খংহৌদনা তাববদা মাগী মচাশিংনা মহাকপু কাওঙমদে। মবমদি মহাক্কী নুংঙাইবা অমসুং অৱাবদা মচাশিংনা মদুগী শকক য়াবি; পুন্সিগী নুংশি-নুংওল্লবা, অৱাং নুংঙাই কয়া উবকলবা পীবাংনা মপাচোন্না থৃহৎলবা মিৎহাদা মাগী মচাশিংগী মমি তাবি, মপাবী মমোমশিংনা জ্ঞান তাবক্তুনা নুংঙাই যাইফবক্কদবা মতম অদুবু ঙাইদুনা য়েংলি। মহাক্লা নুংশিজবিবা অদুবু

মচা খুদিংনা খল্লিংবা মওংদা তোঙান তোঙান্না খঞ্জববসু নত্রগা শুকখন খন্দ্রবসু অমদি মহাক্কী শকলোনশিংবু তোঙান তোঙানবা মওংদা উববসু মহাক্না পুম্নমকপু মথানুংদা কোন্দুনা থল্লি। লিববা চৎনরোন মনাৎপু ঙাক্লা যুগ যুগ খুদিংদা মতিক ময়াই লৈববা মপাবী কয়া মখোয় কয়া মহাক্লা পোকলি; মতমনা পুরকপা অহোংবগা ইবোইননা চৎনবোন মনাৎপু ঙাকলি। মতমগী মতুংইন্না মথং মথং লাকইবা অহোংবা ঙাক্লা, ববিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা হৌজিক মতমগী অপাম্বা ওইফম থোকপা মপুং ফানা ফোংদোক্লি, ভাবতকী অবিবা মরুলেনফু ওইহল্লি অবি-অনৌ অনিবু মহাক্লা পামজবা মওংদা পুন্না শাগৎলি। মহাক্লা হায়বমই, "ঐহাক্লা ভাবত মতাবু নুংশিজে, ঐহাক্লা ইবৈবাকপু ব্রাংনা থাঙ্গচ্চকবগী অমদি লমদম অসিদা পোকচকবগী খুদোংচাবা লৌদুনা হায়জবা নত্তে; মগুণ চাওবী মহাক্কী লংলবা ব্রাখলদগী থোবকপা, মতিক ময়াই লৈববা ব্রাহৈনা, ব্রাবনা হা-হাকাব লাওনববা যুগ কয়াদা, মহাক্লা কনবীবগী হায়বনি।" অসুম্না অঁতে কয়া অমনসু হায়গনি. তোঙান তোঙানবা মানা মানা পাম্বা মওংদা, মহাকপু নুংশিজবিবদু মখোয়না ফোংদোক্কনি।

মহৌশা লৈজবম্বা, শুক্কংনবা শক্তম ঙসিদি মাংগ্রে, কোময়েং য়েংলি মহাক্লা, ঙসি অমুক শাগৎনবা হোৎনবি। অদুম ওইনমক, মহাক্লা হোংবা তাবনা, মহাক্লা হোংলি, নিংথিবা, নুংশিবা মব্রাহৈনা মাগী মচাশিংগী থম্মোই ফাবি। মহাক্কী ফীজোন হোংবা য়াববসু, থায়নগুম অদুম মশেৎলি; খোন্দা থীববা, মংশৎ তানবদা হালেঙদ্রবা, অঙম-অঙম্বা চান্নববা পৃথিবী অসিদা কবিনা চুমইবা,কবিনা ফজবা অমদি কবিনা ফবিবা হাযবদু ঙাকপদা মহাক্কী লৈজবা বুঙ্গি লৌশিংনা মহাকপু মতেং পীবি।

মীওইবা জাতিবু নুংশিবা, মীনুংশি ফোংদোকপা নত্তনা, ঙসি পৃথিবী অসিনা থবক কয়া পাংথোকলি, পাংথোকইবা থবকশিং অসি তুকচ্চবা, হাৎন-শুনবনা যুম্ফম ওইবি, মীওইবা মশেন মীনুংশি পোকহনবা অফবা গুণ অমদি ধর্ম্মবু তুংওইনবিবা। কবিগুরুদা লাঞ্জাও শোক্লদবা য়াদে অদুবু লাঞ্জাওদগী ওইবকপা ফল অদুদি খনবদা, কীনিংঙাই ওই। চুম্না অমগা অমগা হাৎনদ্রবসু মীওইবদি শোযদনা শিগদবা লৈববনি, অদুবু লেপ্পা লৈতনা হেনগৎলকইবা, ব্রাখল খগ্ন খন্না, থিংন থিংনা হেনগৎলকইবা তুক্কচনবা অমদি অবানবশিজন্নবা অসিনা মীওইবগী হৈনববা লমচৎ-শাজৎ ওইবি। মশেন অমগা অমগা তুক্কচনবা নুংশিনদবনা পুন্সিগী খোংচৎপু লমজিংবদদি কীনিংঙাই-খুদোংথিনিংঙাইনি অমদি মাংনবগী মশর্কনি, মবমদি মসিনা পাঙ্গলবু অবেম্বদা কেমহল্লি, মীওইবগী ব্রাখলবু লৈথক্তুনা মঙমশালহল্লি লোয়ননা অচুম্ববু উগদবদা উহন্দ্রে। নুংঙাইতবদি, ঙসি ভাবত অসি যেংথিনবনা থল্লে, হৌখ্রবা মতম কয়া চুপ্পা অমগা অমগা নুংশিনহন্দবনা ঐখোয়বু কোযতান তান্বমই, হৌজিকসু মদুগা কবিমতা খেননদ্রি। নাপন তৌবা কাংবুগী, চাওথোকপা, কমজাওহনবা শাজৎনা মপানথোক্লা তত্তনা কবেম কথায়নবদু কাওগে হোৎনবদা কাওঙমদে। অদুমকপু, লায়বক ফবদি, মতম শাংনা ভাবত মচাশিংনা মহৈ মহৈ তুক্কচনববু তুং কোযনদে; হেয়া মীনুংশি চাওবা লমচৎ শাজৎপু লাযনা হেক্তা ওইঙমই।

নিংতম্বনা অনৌবা শক্লোন পুথোবকপদা ভাবতনা অমুকহন্না ফংলখিগনি মহাক্কী অচুম্বা শকফম, থৌশাবীদবা, ওৎনৈবীবা, হৌখ্রবা মতমদা ওইখিবা শক্তমদগী শকক চামা হেয়া তুংদা লাকলিবা মতমদনা পুক্লিং হুনফম ওইনা শকলোন লৌববগনি। থাজবনা মরুচেৎলবা মহাক্লা চৎপদা লমজিং থংলগনি স্থাইদগী লোয়নন, খংনিংবনা মহাক্লা লাংতক্লবগনি অমদি অতৈগা চৎমিন্নবগনি খুৎশম্নমনা, মতেং পাংদুনা। পাঙ্গল থোক্লা চৎপা ঙমদ্রবা, মশাগী অবিবা লীচৎ শাজৎ অমদি মীনাই ওইনা, মতৌ তমদবা য়াদ্রবা মীবৈবাক্কী চৎনবী অনিমবক্তা মহাক্লা ব্রানা হাই হাইদুনা লৈবি ঙসিদি। অসুম্না মব্রা চাকসু চাদ মপাম চাকসু চাদা, পোথাফম খংদ্রি হিংফম খংদ্রি, চাওখৎফম খংদ্রি। অদুগা মসিমদি শেংলবনি, মাগী কাজাও ফাজিন্দুনা থম্বদগী মহাক থোবকখিগনি, হৌজিক্কী মতমগা চান্নবা অকনবা থবক পায়খৎলখিনি, পুন্সিগী মপুংফাবা থৌদাং লৌবখিগনি। মসিমসু মান্ননা চুম্লবনি, মীতৌতম্বনা য়ুফম ওইদুনা শাজৎ-লিচৎ অমদি ইনাত্তা অশেংবা চাওখৎপা পুবকপা ঙল্লোই। লৈমিন্নবিবা ময়াম মবক্তা মতোমদা নায়তোম তাজবা, জাতি অমগী চাওখৎ থৌবাং পায়খৎলকপদা শকক থুংদ্রবা, মশীং যামদবা কাংবুগী মবক্তদা হায়বিবা মীতৌগুম্বনা নৈশিন্দুনা লৈ। পৃথিবীগী কাচিন খুদিংদা অশেংবা কলচবনা মকোক লিৎখৎনবি, অদুম্নদি ওইবগা মাগী মাগী লমদা তোঙান তোঙানবা হৌজবকপনি, অদুগা মশীং লাকঙমদ্রবা মীয়াম্না মসিগী

য়ুম্ফম্মি। মীবৈবাক্কী মীতৌ অদুনতা খল্লগা ইববা, য়েক্রবা, কলা অমদি সাহিত্যদি মথল্লাই য়াওদ্রবনি। মমাই পান্দ্রবা ইকাই খংদ্রবা মী খবতনা শাজিন্নবা কলচব পুথোকপগী মতমদু হৌপ্রে। মসিগী মতাংদা, মকওইনা ঐখোয়না মীয়ামদা য়েংবা তাই, হৌথি হৌখিবা মতমগী চাওখৎলকপা মতুংইন্না চাওখৎ চাওখৎনা চত্থবকই কলচবনা; শেমগৎ-শাগৎপা ব্লাখলগা লোয়ননা মখোয়না খংনিংদুনা নৌনা তানশিল্লগা পুম্নমক কলচবদুদা ফজ ফজনা মমি তাই।

চহি ১০০ গী মমাংদা আমেরিকাদা লৈবা মাগী মীশিংদা মীগী মতৌ তমগনু, কলচবগী মতাংদা কা হেন্না ইউরোপকী মখা পোনগনু হায়না ইমার্সন্না ব্লাবকপ্রবনি। মখোয়না মীনৌ ওইবনা (ইউরোপ্তগী লাকপা) চহি কয়াগী মমাংদা ইউরোপ্তা ওইবম্বা অদু হঙ্গত্তুনা মহাক্না মখোয়বু য়েংহন্নিংদে; নৌনা খুন্দাবা অনৌবা লৈবাক্তা, মখোয়না লৈবিবদুগী অকোয়বদা চৎনবিবা মনাৎ অমদি লেল্লিবা পুন্সি মবেন্দ্ য়েংশিন্দুনা ব্লাখল খলহন্নিংলমই। "মীখা থাবম্বা ঐখোয়গী মতম, য়ুমলোন্নবনচিংবা অতৈ লৈবাক কয়ামকম্বু যেংদুনা জ্ঞান লৌশিং তানশিন্নবমবা ঐখোযগী শাংলবা মতম পুম্নমক অসি হৌজিক মচিন থুপচিনবা হৌবকলে। ঐখোয়গী অকোযবদা লৈবিবা মী কোটি কয়ানা হিংনবগীদমক উপায় লৈগদবা মাইকৈদা চেনশিন্নবি, মীরৈবাক মচানা চাখিবগী অবেম্বা মবেক মহাও যাওদ্রবদু চাদুনা মপুন্সি লেল্লি। থবক থৌদোক কয়া থোবকই; থোক্লকইবা অদুমক ঈশৈ ওইনা শক্লনি, মশামক্রসু ঈশৈ ওইনা শকচবক্কনি - শেমগৎ শাগৎপগী নিতি নিয়ম মশান য়াওজবক্কনি শেমগৎ শাগৎপগী ব্লা ঙাংনবক্কনি হায়বাদি মদুনা মনাৎ ইনাৎ থোকচবকপা জ্ঞান অমদি জ্ঞান্দুগা লোয়ননা মশানা চাওখৎচবক্কনি।" মশাবু থাজজবু হায়বা বচনা অদুদা অমুকসু অসুম্না ই, "ইটালি, ইংলণ্ড, ইজিপপু লায় ওইনা খনবা, লায়বিক হৈববা আমেরিকাদা লৈবশিংনা অন্ধবিশ্যাপ্ থাজদুনা লমকোয়বনা মখোয়গী নুংঙাইজবা অপেনবা ওইবিবাস মশাগী কলচব লৈজদবনি। ইংলণ্ড ইটালি অমদি গ্রীকপু বেব্যহাব তৌবা যাই হায়না খঞ্জবা মখোয় অদুদি পৃথিবীগী (গ্লোবকী) ধোড়াগুম, মখোয়গা পোক্লফমবু চেৎনা থাগোঞ্জবনা তৌবনি। চীববা মতমদা ইথৌ তৌবনা ঐখোযগীনি ইবৈবাক্কীনি হায়না ঐখোয়না লৌই। থৌরাইদি কোযদে, অশি বা মীনা (জ্ঞানিনা) ময়ুমতদা লৈ (মবৈবাক্কীতা খল্লি) কবি কবিগুম্বদা মহাক্কী তৌদবা য়াদবা থবক্তা অমদি মথৌনা মাগী ময়ুমদগী নএগা মীবৈবাক্তা মহাকপু কৌববদা, মাগী ব্লাখলদি ময়ুমদা মবৈবাকতদা অদুম লৈ; মাগী শক্তম তাকপনা অশিংবাশিংনা মীওইববু জ্ঞান তাহল্লি; জ্ঞান অমদি ধর্ম্ম শন্দোকপা ওইনা মহাকনা চৎলি, নিংথৌবেন অমগুম মহাক্না চাওববা সহব অতৈ অমদি অতৈ সহবদা লৈবা মীবু য়েংবা চৎলি, মীঙোন্দা লোয়বংখোংনাং শাদে মাগী মীনাইগুম থবক তৌদে।"

ইমার্সন্না মখাতানা হাযবমই মীওইবনা অহানবদা ময়ুমতদা নৈশিন্দুনা লৈবা হৈনবমই, মখোয়না খংইবা অদুদগী হেন্না পাকথোক চাওথোক্না খংনিংবগা লোয়ননা মপান-লমদা চৎতে, মবমদুনা কলা বিদ্যা খংনিংদুনা, জ্ঞান তানশিন্নবা অমদি অফবা থবক তৌনবা, অনিংবা অপান্নগা লোযননা পৃথিবী শিনবা থুংনা (জহাজদা) ঈশংগী লম্বীদা কোয়চৎ চৎপবু ঐন্নাক্না ইপং পংনা যানিংদবা উৎপা লৈতে। নুংঙাইথোক্লিংবা অমদি পুবা ঙমদ্রবা পোৎ খবমখৈ পুবক্কনি নিংবা কাংবুনা মশামক জ্ঞান ইতা তাদনা কোয়; অবিবা পোৎকী মবক্তা মশা নহা ওইনা অহল ওইশিল্লককই। থেবীজনা (লিল তুবেনগী নোংচুপ থংবা তোর্ব্বান্দা লৈবম্বা অপ্লব ইজীপকী অবিবা সহবদা) অমদি পালমিবাদা (ডামস্কাসগী অরাং নোংপোক্তা সেন্ত্রেল সাইবিবিযাদা কীং সোলোমোন্না শাবম্বা অবিবা সহবদা) লৈবা ফুবা দলায়চিংবা পুম্নমক্না নিংখায়দুনা তেক্লুনা তাদুনা লৈবনা মফমদু য়েংউবা মীগী ব্লাখল অমদি মথৌনা অদুসু অবিবতমক খনগনি (হৌজিক্কী মতমগী ওইবা অনৌবা ব্লাখল খল্লোয়)। অদুগুম্বা মী মহাক অদুগী ব্লাখল অদু অবিবদগী থোয়না হেন্না অমুক লিশনথ্রবা পোৎকী ব্লাখলতমক তৌগনি।"

"অদুগা কোয়নিংবগী মচিং মশোন লৈবদি বাখল লৈন খননা তৌবা থবক পুম্নমকপু মাংহনবা, থিনা ব্লাখল লৈতবগী খুদমনি। - ঐখোযনা মতৌ তমই মীবৈবাক্কী নমুনা লৌদুনা ঐখোয়না ঐখোযগী য়ুম শাই; ঐখোয়গী উপু-নুংবু পুম্নমক মীবৈবাক্কী মচাক্না ঙম্না লৈতেংই, ঐখোযনা ঙাংণোকপা ব্লাহৈ ব্লাতা, ঐখোযগী অপাম্বা ঐখোযগী তৌবা ঙম্বা শক্তি পুম্নমক, হৌপ্রবা মতম অমদি লাপ্পা লৈশ্রবা মীবৈবাক্কী খুদং ইল্লি, মতৌ তমই। খুৎশা হৈবগী (মহৌশা খুৎশেমগী) শক্তম্না ফজনা চাওখৎপা মফম পুম্বদা উবিবা অদুগুম্বা পোথোকশিং অদু লম লম অদুগা চান্ননা মহৌশা লাইবেন্নীনা শেম্না

ঙাক্কি। মহাক্না মপুক্কিংদা খঞ্জরিবসু কারিকরশিংনা মানা পুথোকপা শক্তমগী মতৌ তমসনু মতাগুমই। শাদুনা পুথোক্কদৌরিবা পোৎকী মওং মতৌ, মদু শেম শাবদা চংগদবা নিতি নিয়ম পুন্না, মহাকমক্না খল্লিবদু পানশিনবতনি। ----- (মতৌ অসুম্না) নং নতোম্নতা হংজৌ হোৎনজৌ; কদৌঙেদসু মীতৌতমগনু। পুন্সি চুপ্পা নপাঙ্মোম্না তানশিঞ্জবা, নপাঙ্গল পুন্না ফুদোক্তুনা শেম-শারগা নশানা শেমজ-শাজবা মনা মথেন্দু মিকুপ খুদিং মনা ওইনা নংনা পুথোকপা ঙমগনি। অদুম্নদি ওইরগা মীপান তাংদুনা মীঙোন্দগী পুরুবা জ্ঞান শীজিন্নরবদি মদুদগী থোরকপা পোখোক অদুদা নহাক্কী সত্ত্ব তংখাইদগী হেনগ্রবনি।"

হৌখ্রবা মতম অমদি মীরৈবাক্কী মরমদা থিজিন্নবা ঐখোয় ভারত্তা লৈবনা মীরৈবাক্তা চৎকদবা নত্তে। হায়রিবশিং অসি ঐখোয়গীদি মরাং কায়না লৈ। ঐখোয়না মীরৈবাক্তা চৎপা তারবসু মদু হৌজিক্কী ওইবা থিজিন হুমজিনবা চৎপা তাবনি। হায়রিবা থিজিন-হুমজিনবা অসিদি মশানা দরকার ওইবনি, মরমদি মসিমক তৌদবনা অশোনবা শোথবা খংনরে। ইমর্সনগী মতমগী পৃথিবী অদু হোংগ্রে, থায়না লৈরম্না পল অদু কায়গ্রে; পৃথিবী পুমবগী ওইরে মীপুম খুদিংমক। মীপুম খুদিংমক পৃথিবী পুম্বগী ওইরবনিনা, লৈবাক খুদিংদা চত্তুনা, মীখুদিং উন্নদুনা, খংবা তম্না য়াবা অমগা অমগা তম্নদুনা অমদি অমগা অমগা মশক খংন্দুনা ঐখোয়সু ঐখোয়গী থৌদাং পাংথোকপা তাই। মরি-মখোং য়াওদবা শুন্দ্রংদা তাওবা পোৎনা পৃথিবী পুম্না মরী লৈনহনবা ওইবা য়াদে। জাতি জাতিগী মশাগী লৈজবা কলচরনা য়ুম্ফম ওইদুনা মসি হৌগদবনি; নিংতম্না মীপুম খুদিং চপমান্নবা অমদি পৃথিবী পুম্না লৈরিবা মী পুম্নমক অমতা ওইনা নুংশিনবনা য়ুম্ফম ওইরবতদা মসি ঙসি চাওখৎহনবা ঙমগনি। অদুম ওইনমক, মহৌশা হান্না তৌখিবগুম্না ইমর্সন্না হায়খিবা অদু ঙসিদি চুমলকলি; মহাক্না হায়খিবা মতুংইন্না ঐখোয়না থিজিন হুমজিল্লিবা অসিতনা মাইপাকপা য়াই। করিগুম্বদা মীনাই নত্রগা মীখাপোম্বা ওইনা করিগুম্না মফমদা চৎলোয়দবনি; ঐখোয়বু শামান লেংমান্নবা, ওইনা নত্রগা করিগুম্না অমা থিবা অমদি পাংথোকপদা মরূপ অমগুম ঐখোয়বু তরাম তরাম তৌরবা অদুতদা ঐখোয়না চৎকদবনি। লৈবাক কয়ানা মরুওইনা বৃটিশনা লোয়চনবা লৈবাক কয়ানা ঐখোয়গী লমগী ইরৈবাক মচাশিংবু লাকথুনবা হোৎনৈ। মখোয়না তৌরিবদু ঐখোয়বু নুংশিদুনা তৌবা নত্তে অমদি ঐখোয়গী কান্নবা নত্তে। হৌজিকমক্কীদমক্তদি, মীরৈবাক মচাগী শাসন মখাদা লৈদুনা অৱাবা কয়া খাংবা তাবনি অসুম্না লৈবা মরমনা অৱাবা অৱাম্না পোৎলুম পুদুনা মতম খরদি খাংবা তাবনি। অদুম্নদি ওইরগা ঐখোয়না নিংতম্না ফংগদবা মতমদু শাংথহনবদি য়াররোই। ঐখোয় অসি করিসু লৈতবা লৈবাক্কী প্রজাদি নত্তে; ঐখোয়গী পোক্নফম লমদম, ঐখোয়গী প্রজা ঐখোয়গী কলচর অমদি ইনাৎকীদমক ঐখোয়না চাওথোকচরির্বান। ঐখোয়না পাম্না মতৌ তম্নুবা হৌখ্রবা মতমদা চাওখৎলম্না খৃষ্টান সাহেবশিং য়েংদুনা চাওথোকপা নত্তে; অমদি ঐখোয়গী নত্তবা অতৈ কয়া 'মসু শিংথাক্নদবা লোয়ননা খরমখৈনা তোপ তোপ্না লৈববু থাগৎনদবা অসিনচিংবসিবু য়েংদুনা চাওথোকচবা নত্তে। ঐখোয়গী অশোনবা কয়া লোয়ননা ইথৌপাংথোকপা মঙমশানববু মসিনা ঐখোয়বু কদৌঙেদসু কাওহনগদবা নত্তে নত্রগা মসি পুম্নমক অসিবু থাদোকপা পাম্না ৱাখল অদুবু মসিনা কদৌঙেদসু নুংবংহনগদবা নত্তে। লম শাংনা ঐখোয়না চৎখিবা তারি; মীওইবগী সভ্যতা অমদি চাওখৎপগী গাড়ীদা অতৈ লৈবাক কয়াগা পুন্না তোংমিন্নদুনা ঐখোয়গী পচ্ছুংফম মফমদুদা থুংদ্রিবা ফাওবা, থুনা থুংনবা, মাইকৈ চুম্না ঐখোয়না চংশিনবা তাবনি। অদুগা ঐখোয়না ইথৌ পাংথোক্নবগী মতমনা অককনবা ওইবনা অমদি পৃথিবীগী খোংলৈনা হেন্না থুনা লৈশিল্লকপনা ঐখোয়না খোংলৈ থুনা চংশিলহৌবা তাবনি। মমাঙে মতমদা অতৈ লমগী কলচরবু তরাম্না ওকপা, লৌগনী লোয়ননা ঐখোয়গীগা অমতা ওইনা তিনশিনহনবনা ভারতকী মথৌ ওইরমই। হায়রিবা অসিমক দরকার ওইরবনি ঙসিদি মরমদি মীওইবা জাতিগী ওইবা জাতি পুম্নমক্কী অপুনবা কলচরগা অতৈ জাতি খুদিংগী কলচরগা অমতা ওইনা পুনশিন্নরকইবা হয়েং ওইরক্কদৌরিবা অমতা ওইরগদবা পৃথিবী তম্না ঐখোয়না চংশিনবা তাবনি। মরম অসিনা, ঐখোয়না ফংউ-ফংউবা মফমদা জ্ঞান তানশিন্দুনা বুদ্ধি-লৌশিং লৈহনগদবনি, মরূপ-মপাং ওইমিন্নদুনা ময়ামগী অপুনবা থৌদাং পাংথোকপদা অমগা অমগা মতেং পীনগদবনি অদুম্নদি ওইরগা অতৈগী মতেং অমদি থৌজানবু ভিক্ষা ওইনা ঐখোয়না নিরোইদবনি। অসুম্না তৌরবতনা অশেংবা ভারতকী প্রজা অমদি এশিয়াগী প্রজা ওইনা লৈবা ঙমগনি লোয়ননা মতম অমদা পৃথিবীগী অফবা জাতি লোয়ননা পৃথিবীগী প্রজা ওইবা ঙমজনি।

ভাবত অমদি পৃথিবীদা ঐগী মীবোন অসি অরাবা মীবোল্লি। খব খজিক্কং শাংথনা ঐখোযসু ঐখোয়না থোকপা চথবা তাই; অদুমক্দি ওইবগা ঐখোযগী মতম লোযশিল্লগনি; মতমদুদা নৌনা লাক্লিবা মীবোন্দা ঐখোয়না অমুক শীন্নবপ্না তাবনি; পুন্সিগী খোংচৎকী মথং ওইবক্কদবা থাক তান্না মখোযনা মখোযগী মথৌ পাংথোক পাংথোক্লা মখোযগী পুন্সি লেনবা তাবনি। মতম লোযশিল্লক্লবা মীবোন অসিগী তেল্লবা মতমসিদা ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌ ঐখোয়না কবল্লা পাংথোকপা তাবি ? ঐ খংদ্রে। মথং মীবোন্না বিচাব তৌবসনু। কবম্বা পাম্বৈনা নত্রগা কবল্লা, মাইপাকপা নত্রগা মাইথীববু বিচাব তৌদুনা খংগদৌবিবনো ? মদুসু ঐহাক্তি খংদে। ঐখোয়গী পুন্সি অসিবু অসুক তমথিহনালবা মসিগীদমক ঐখোযনা কবিমতা ৱাকৎপা ঙমদে; মবর্মদি ঐখোযনা ঙমজবা খবদং হোৎনজবিবা অসি ঐখোয়না পাম্না খঞ্জবনি; শেংনা হায়ববদা ঐখোয়দদি অদুক ফত্তবা পুন্সি নত্তে। মতম চুপ্পদা মীওইবগী পুন্সিবু শিল্লিবা শেমইবা মখোয অদুতনা পুন্সিবু খংবা ঙমগনি; মখোয অদুতনি শিবগী অকীবা চংবা ঙমদবা। অবানবা কযা ঐখোযনা তৌববা ফাওবদা, কবিসু লৈতবনি হায়না খনদোকপা ৱাখল লোযননা ইতোম্তা ইকাযজবা অমসুং মীপুমথিবা ওইবনা ঐখোযনা ইশাবু কঞ্জবি। ঐখোয খুদিংমক্কীদমক্তদি মদুমকসু ঐখোয়গী থৌদাং অমনি। মীওইবগী খ্বাইদগী নুংশিজবা মবর্দি থরাইদনি, মদুবু মীওইবনা অমুক্তং হিংজনবা, মীওইবদা পীবী; অসুম্না মানা হিংজবসিদা, কবিসু লৈতবা হৌখ্রবা মতমগী ইকাযবা অমদি অযাম্বনা মহাকপু খাংবা ঙমদনা চাকথোকহনগদবা নত্তে; অসুম্না মতাক্লা হিংজবসিদা, মবম লৈতনা চহি কযা চুপ্পা মহাকপু ওৎ নৌবগদবা নত্তে, অসুম্না হিংজবসিদা শিগদৌবে হাযবা অসিতনি মহাক্লা হাযবা ঙম্বদি। "ঐহাক্কী থৱাই অমদি পাঙ্গল পুম্নমক অসি পৃথিবীগী অহানবা কান্নবগীদমক্তা হাযবদি মীওইবা জাতি পুম্নগী নিংখা তম্বা ফংহনবগীদমক কথোকচববনি।" *

## এলাহাবাদ ডিসেম্বর ২৯,১৯৪৫

১৯৪৫ ইং মার্চ অমসুং এপ্রিল মনুংদা অহমেদনগব কোর্ট জেলদা ফাজিন্দুনা থম্না কংগ্রেস ৱার্কিং কমিটি মেম্বরশিংবু মাগী মাগা প্রোভিন্সতা লৈবা জেলদা তোঙান তোঙান থাখি। কেম্প জেল ওইনম্না মফমদ জেল ওইবা মুখত্তুনা সিফাইগী নংকাক ওইবা অণ্ডম্বাশংদা পাথোকাখি। মার্চ তাং ২৮ দা গোবিন্দ বল্লভ পান্ট, নবেন্দ্র দেব অমসুং ঐহাক, ঐখোয অহম অনহেমদনগব থাদোক্তুনা নাইনিতাল সেন্ট্রেল জেলদা পুবমই, মফম অদুদা ঐখোযগী মরূপ মপাং কযা উমনমই, রফি অহমদ কিদবাই মখোযগী মরক্তা অমনি। ১৯৪২ ইং, আগষ্ট মনুংদা ঐখোযবু ফাববা মতুংদা অহানবা ওইনা ১৯৪২ দা থোকখিবা খৌদোকশিংগী ইহান হানবা মবম ফংবসি খুদোংচাবা ফংফম হন্দক্কী অসিনা অহানবনি, নাইনিটালদা লৈবমলিবশি অদু ঐখোযনা জেল তাববা মতুং কাইনথংদা ফাবকপা ঙাক্লি। নাইনিগা বেলবে মনাক্তা লৈবা ইজাৎ নগব সেন্ট্রেল জেলদা ঐখোয অহুমবু পুবমই। মশা ফত্তবনা মবম ওইদুনা গোবিন্দ বল্লভ পান্ট, জেলদগী থাদোকখি। চহি অনি খবা হেন্না জেল মনুংদা লৈবা শং অমদা হবেন্দ্র দেবগা ঐগবু পুন্না লৈহল্লমই। জুন থা তৌগৎলকপদা অলমোড়াদা লৈবা চীং লমদমগী জেলদা ঐখোযবু অমুক থৈদোক্লমই, মফম অদু চহি তবাগী মমাংদা ঐনা নির্থিনা খংলবা মফমনি। ১৯৪২ ইং আগষ্ট থানুংদা ফাদুনা ন্যুমিৎ ১০৪১ জেলদা থম্লবা মতুংদা জুল তাং ১৫ দা ঐখোয অনি থাদোক্লমই। অসুম্না, মাপল শুবা খ্বাইগী শাংবা মতমগী জেলতাবা অদু লোযশিনখি।

মদুগী মতুংদা থা ৬½ হৌখ্রে। মতম শাংনা কনামতা উন্নদনা লৈকববা তুংদা, মীযাম মবক্তা ঐহাক্লা অমুক থোবক্তুনা অমুক হুন্না অকনবা থবক পাযখৎপা অমদি লেপ্পা লৈতনা চৎপা হৌবকখি। অহিং অমতং ঐহাক্লা যুমদা লৈবমই, মতুংদা কংগ্রেস ৱার্কিং কমিটিগী মীফম যাওবা বম্বেদা চৎলমই। মদুগী মতুংদা ভাইসবোযনা কৌবা সিমলা কনফবেন্স যাওবা চৎলমই। অনৌবা অহোংবা ফীবম অদুদা ইশামক হৈনবা হোৎনবদা ঐঙোন্দা খজিক লুনা থোক্লমই, মদুদা চাশিন চুশিন্নবা ঐঙোন্দা অবায়বা ওইবমদে। খুদিংমক হৈনবমই অদুগা মহৌশাগী মরূপমপাং খংনচান্নবা উন্নবসু ঐঙোন্দা নুংঙাইনা থোক্লমই। ঐহাক অসি শকখংনদবা মীতোপ ওইনা তৌবমই; ঐগী ৱাখল পাক্লুং, চীংমান্দা অমদি উন্না কুপ্পবা চীংদোন্দা কোয়চৎ চৎলম্মী। সীমলাগী থবক হেক লোযবগা ঐহাক থুনা য়াংনা কাশ্মীব পাংলমই। ঐহাক মতম শাংথনা তম্পাক্তা

* লেনিন।

লৈথোক্লমদে খুদক্তা খোংনা চীংগী লম অমদি চীংলম্বীদা চৎপা হৌরমই। খা অমরোম ঐহাক কাশ্মীরদা লৈরমই মদুগী তুংদা মীয়াম মরক্তা হল্লক্কুনা নিতিগী ওইবা পুন্সিগী করিগুম্বদা নুংঙাইথোকপা করিগুম্বা হৈনিংদবা মতমদগী খয়াক্তা তাখি।

হৌগ্রবা চহি অহুমদা থেংনখিবা দৃশনা মথং মথং ঐগী রাখলদা মমি তারকখি। অতৈনা তৌবগুম্না, থোকখিবা থৌদোক্লা, ঐখোয়না বল্লম্বদগী য়াম্না হেক্সিবদু ঐহাক্লা থেংনখি। চহি অহুম অদু, ঐখোয়গী প্রজাশিংগীদমক্তদি করিমতা কান্নদবা মতম ওইনা হৌখি; ঐখোয়না উন্নবা মী খুদিংমক্কী মমাইদা মদুগী মমি তানা উখি। ভারত্তা অহোংবা অমা লাক্লমই, ইংনা শান্তি ওইরবা লৈবাকসিদা, চিংনবা অমসুং হংনিংবা, নিংবাকায়বা অমসুং শাওনিংবা অমদি ফোংদোকপা ঙমদবা অপান্না লৈরমই। ঐখোয়বু জেলদগী থাদোরকপগা ইরোইননা চখরিবা থবক্তা অহোংবা অমা লাক্লমই লোয়ননা হান্না লৈরম্বা দৃশদা অহোংবা লাকপা উনরমই। অনানবা লৈমাই নাল্লক্লে ময়ি চৎপা উরকলে। পুক্লিং নুংঙাইবা খংহৌদনা ফাওবা, ইথক্লা লৈবাক অসি শিল্লমই; চহি অহুম নমথদুনা লৈরক্লবা তুংদা অদুগুম্বা পল অদু প্রজানা থুগায়রমই। অসুক য়াম্বা মীয়ামদি, মমাংদা, অমুক্তা উখিদ্রি, মখোয় মশাবু য়োংহলিং ফলাংদগী নাম্থোকনিংবনা, তিল্লিবা মীয়ামদু মৈহৌবগুম শাওবনা ময়াই কারমই। হৌগৎলকলিবা নিপা-নিপী অমদি পাখং-লৈশাবী মখোয় পুম্বা করিগুম্বা অমা তৌনিংবগী ইথিন্না মখোয়গী থম্মোইদা রামৈ চাকপগুম চাকংখি অদুগা করিনো মখোয়না তৌগদৌরিবদু মখোয়না শেংনা খংজদে।

লাঙ্গাও লোয়রে, এটোম বোম্না অনৌবা যুগকী খুদম ওইরে। বোম অসি শীজিন্নবা অমদি রাজনিতিগী শক্তিবু ওৎনৈবদা শীজিন্নবা অসিমক্লা প্রজাগী মিৎ পাংহল্লমই। হান্নগী নিংথৌ পানবগী লৈঙাকক্তি অদুম চখরি অদুগা ইন্দোনেশিয়া অমসুং ইন্দো-চীনাদা থোকইবা থৌদোক অদুনা অসিবু অমুক্লা হেন্না অকীবা পোকহল্লি। মশাগী মবমদমবু মনিংতম্হনবা লানশোক্লরিবা মীশিংগী ময়োক্তা, লৈবাক অনিসিদা, ভারতকী লাম্মী শীজিন্নবা অদু (মীখাপোন্দুনা) কবিমতা ঙমজদ্রবা, শাওনিংবা, অমদি তুক্কচ্চনবা থম্মোই থুক্কৎলবা ঐখোয়দা ইকাইবা পীবনি। লৈবাক ইবাং হৌবনা লেপ্পা লৈতনা হেনগৎলকখি ।

লাঙ্গাও মনুংদা, ব্রহ্মা অমদি মালয়দা শেমগৎখিবা ইণ্ডিয়ান নেস্যানেল আর্মিগী রাবীদা খংহৌদনা লৈবাক শিনবা থুংনা শন্দোকখি। মদুনা অঙকপা ফংলবা থৌনা অমা ইনৌ নৌনা ইনোৎলকখি। আইঃ এনঃ এঃ গী অফিসারশিংবু কোর্ট মার্সেলনা বিচার তৌবা হৌরকপদা, করিমতা তৌবা ঙমজদ্রবসু (খুৎ থোকউবা ঙমদ্রসু) লৈবাক ইরাং কৌহল্লমই; ভাবতনা নিংতম্বা ফংনবা শোক্লবা লানগী জয়পত্র মখোয়না ওইখি। ভারত্তা লৈবা, ধর্ম্ম মখল কয়াগী তোঙান তোঙানবা কাংলুপকী মরক্তা অমতা ওইনা লিংজেন মান্না পুনশিলহন্নবগী সিম্বোলস্ মখোয়না ওইখি; মরমদি তেঙ্গোল অদুদা য়াওবা হিন্দু, পাঙন শিখ অমসুং খৃষ্টান পুম্নমক্কী মীহুৎ, মখোয়না ওইখি। মখোয়গী মবক্তা, কাংলুপ নায়নরম্বগী খেননরম্বদু মখোয়না কোকহনখি; অদুনদি করিগী ঐখোয়না কাংলুপ নায়নবা তাবগে ?

ভারতকী জেনরেল মীখলনা ঐখোয়গী মাংদা তাররে; ঐখোয়গী রাখল পুম্বা মীখলদা লুপলে। অদুগা মীখলসু য়াম্না থুনা লোয়রগনি — অদুদি করম্বা কালদা ? লাক্লিবা চহি অসিদা নোংনুংশিৎ অমদি লাকপা য়াবি লোয়ননা (নোং-নুংশিৎতগী) অবাবা পম্থুং য়ৌরবা য়ারি, লোয়ননা ঐখোয় মশেন খৎনবা অমদি অন্দোলন থোক্লবা য়ারি। নিংতমবগী যুম্ফম্না অইংবা পুরকপা নত্তনা ভারত্তা অমদি অতৈ মফম কুয়াদা শান্তি লৈরোইদৌরি।

